শ্রীশ্রীগুরু গৌরাঙ্গৌ জয়।

শ্রীকৃষ্ণদ্বৈপায়ন ব্যাস

কী

# শ্রীমদ্ভাগবতম্

কৃষ্ণে স্বধামোপগতে ধর্ম্মজ্ঞানাদিভিঃ সহ।
কলৌ নষ্টদৃশামেষ পুরাণার্কোঽধুনোদিতঃ॥

(শ্রীমদ্ভাগবতম্ ১ ৩/৪৩)

No.

PRICE ৩৫৲

# BOOKS by
# His Divine Grace
# A.C. Bhaktivedanta Swami Prabhupada

Bhagavad-gita—As It Is
Srimad-Bhagavatam, Cantos 1—10 (30 Vols)
Sri Caitanya-caritamrita (17 Vols.)
Teachings of Lord Caitanya
The Nectar of Devotion
The Nectar of Instruction
Sri Isopanisad
Easy Journey to Other Planets
Krsna Consciousness : The Topmost Yoga System
Krsna, the Supreme Personality of Godhead (3 Vols.)
Perfect Questions, Perfect Answers
Dialectical Spiritualism—A Vedic View of Western Philosophy
Teachings of Lord Kapila, the son of Devahuti
Transcendental Teachings of Prahlad Maharaja
Krsna, the Reservoir of Pleasure
The Science of Self Realization
Life Comes From Life
The Perfection of Yoga
Beyond Birth and Death
On the Way to Krsna
Geetar-gan (Bengali)
Raja-vidya : The King of Knowledge
Elevation to Krsna Consciousness
Krsna Consciousness : The Matchless Gift
Back to Godhead Magazine (Founder)

---

Readers interested in the subject matter of this book are invited by the International Society for Krishna Consciousness to correspond with its Secretary at ISKCON, Airport Road, Imphal:

# শ্রীমদ্ভাগবতম্

## অহানবা স্কন্ধ

## "লৈশেম্বা"

কৃষ্ণকৃপামূর্ত্তি
শ্রীল অভয়চরণারবিন্দ ভক্তিবেদান্ত স্বামী প্রভুপাদ
আন্তর্জাতিস্ম কৃষ্ণভাবনামৃত সংঘবু লিংখৎপীরম্বা আচার্য্যনা
ইবা

ভাগৱত অসিবু সন্দোকপা শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুগী অশাদ্দা পুন্সী পন্বী, সংস্কৃতগী
মূলশ্লোক, মৈতৈগী অর্থ, শ্লোক মতম [illegible] তৈনবেলগা কোক্নবা ইংরাজীগী
SRIMAD BHAGAVATAM গী মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা— শীতলজিৎ সিংহ

No.
PRICE 

ভক্তিবেদান্ত বুক ট্রাস্ট
ইম্ফাল, শ্রীমায়াপুর, কলিকাতা, বোম্বে, নিউয়োর্ক, লস এঞ্জেলেস, লণ্ডন, সিডনি, প্যারিস, রোম, হোংকোং

ভক্তিবেদান্ত বুক ট্রাস্টকীদমক
শ্রীসগোলশেম ইবোচৌবা সিংহমা
থোকনবা।

১৯৭৭ ৫৪২



অহানবা খুৎনম :
শোক ১৯৯৩
কোপী ১১০০

হক্ক পুন্নমক ভক্তিবেদান্ত বুক ট্রাস্টকীনি।

শ্রীমৎ ভক্তিস্বরূপ দামোদর স্বামী
জি. বি. সি. মনিপুরগীদমক
শ্রীবনমালী দাসনা।
শ্রীগোবিন্দ প্রিন্টিং ৱার্কস,
হরে কৃষ্ণ লেণ্ড, এয়ারপোর্ট রোড,
ইম্ফাল ৭৯৫০০১ দ নমজবা।

ভিক্ষা : 

Rs 300/-

# কচ্চবা

ঐগী গুরুদেব

শ্রীল প্রভুপাদ ভক্তিসিদ্ধান্ত সরস্বতী
গোস্বামী মহারাজগী
খুৎ থম্বালদা

মানা থৃপখিবগী ২৬শুবা চহীগী পালন
উৎসব

মাগী পাউতাককী মমুংদা মহাক মতম পূম্বদা লেঙদনা লৈরি
অমসুং
পাউতাকতু ইমা চৎচরিবা মখোয়দু মাগা লোয়নদুনা অতুম লৈগনি ।

# য়াওফম তাকপা

অহানবা অধ্যায়



অনীশুবা অধ্যায়



অহুমশুবা অধ্যায়

মরিশুবা অধ্যায়

## শ্রীনারদনা লেঙলকপা

মঙাশুবা অধ্যায়

## ব্যাস নারদ সংবাদ ১৩৭

তরাতরুকশুবা অধ্যায়

## পরীক্ষিৎনা কলিগা উনবা



তরাতরেৎশুবা অধ্যায়

## কলিদা পীবা দণ্ডি অমসুং মনা

তরানীপালশুবা অধ্যায়



তরামাপলশুবা অধ্যায়

# গ্রন্থকারগী পরিচয়

শ্রীকৃষ্ণকৃপাগী মূর্তি ওইবা অভয়চরণারবিন্দ ভক্তিবেদান্ত স্বামী প্রভুপাদ শোক ১৮৯৬ তা কলিকাতাদা পোকই। শোক ১৯২২ দা মহাক মাগী গুরুদেব শ্রীল ভক্তিসিদ্ধান্ত সরস্বতী গোস্বামী ঠাকুরগা অহানবা ওইনা কলিকাতাদা উনখি। শ্রীল ভক্তিসিদ্ধান্ত সরস্বতী ঠাকুরসে মতম অদুগী অথোইবা পণ্ডিত অমা অদুগা খ্বাইদগী হেনবা ভগবদ্ভক্ত অমা ওইরম্মী, মহাক্না গৌড়ীয় মঠ লিংখৎপনি অদুগা ভারত পুম্বদা মন্দির ৬৪ থক লিংখি। নহা ওইনা মহৈ মশীং হৈরবা অভয়চরণ অসিবু মানা য়াম্না য়াবম্মী অদুগা বৈদিক জ্ঞান তানশিন্নবগীদমক মাবু যাম্না থৌগৎলম্মী। শ্রীল প্রভুপাদনা মাগী শিষ্য ওইবা পামখি অদুগা চহী ১১ লৈরগা শোক ১৯৩৩ দা এলাহাবাদ সহরদা মহাক যজ্ঞ অনুষ্ঠান তৌদুনা গুরুসিদগী দীক্ষা লৌখি।

শোক ১৯২২ দা মখোয় অনী অহানবদা উনখিবা মতমদা শ্রীল ভক্তিসিদ্ধান্ত সরস্বতী ঠাকুরনা শ্রীল প্রভুপাদদা ইংরাজী লোন্দা বৈদিক জ্ঞান প্রচার তৌনবা হায়রম্মী। শ্রীল প্রভুপাদনা গৌড়ীয় মঠগী থবক্তা মতেঙ পাংদুনা লৈরম্মী অদুগা বৈদিক শাস্ত্র গ্রন্থশিংদগী খ্বাইদগী মরু ওইবা গ্রন্থ শ্রীমদ্ভগবদ্গীতাগী ভাষ্য ইবম্মী। শোক ১৯৪৪ দা *"Back to Godhead"* কৌবা ইংরাজী লোনগী থাখায় চে ফোঙবা হৌখি। মহাক মশামক্না খুংইশিংদু টাইপ তৌই, সম্পাদন তৌই, প্রুফ পাই, চেফোঙশিংদু ময়ামদা য়েন্থোকই অদুগা চেদু যোঙথনবা অরাবা খিবিক খাংদুনা হোৎনৈ।

শ্রীল প্রভুপাদকী দার্শনীক তত্ত্বজ্ঞান অমসুং ভক্তি যাবগী খুদম ওইনা গৌড়ীয় বৈষ্ণব সমাজনা শোক ১৯৪৭ তা মহাকপু ভক্তিবেদান্ত হায়না উপাধি পীদুনা লৈতেংখি। শোক ১৯৫০ দা মশাগী চহীনা ৫৪ শুবদা শ্রীল প্রভুপাদ সংসার জীবন্দগী পোৎথাবে। অদুদগী চহী মরী লৈরগা মহাক লাইরিক নৈনবগী অমসুং লেংবগী থবক্তা হেন্না পুক্নীং থিংজিন্নবগীদমক বানপ্রস্থ আশ্রমদা চংখী; অদুদগী মতম খরা লৈরগা বৃন্দাবন ধামদা খোঙদাখি। মফমদুদা লৈরবা শ্রীশ্রীরাধাদামোদরগী মন্দিরগী কা অমদা মহাক চহী কয়ামুক লাইরিক অধ্যয়ন তৌবা অমদি লাইরিক লেংবদা শক্তি লুপ্পুনা লৈরম্মী। শোক ১৯৫৯ দা মহাক সন্ন্যাস আশ্রমদা চঙলী। শ্রীশ্রীরাধাদামোদরগী মন্দিরদা শ্রীল প্রভুপাদ *"Easy journey to other planets"* কৌবা লাইরিক লেংখি অদুগা মাগী পুন্সিগী খুদোল অথোইবা শ্লোক লীশিং তবানিপাল যাওবা, বৈদিক সাহিত্য পুম্নমক্কী সার (মচি) শ্রীমদ্ভাগবতমগী ইংরাজী অনুবাদ ভাষ্যগা লোয়নবা থবক অদু তৌখি।

শ্রীমদ্ভাগবতমগী খণ্ড অহুম যোঙলবা মতুংদা শ্রীল প্রভুপাদনা মহাক্কী গুরু মহারাজগী ইচ্ছাবু পাংথোক্নবা হাংদুনা শোক ১৯৬৫ দা আমেরিকাদা খোঙদাখি অদুগী তুংদা শ্রীল প্রভুপাদনা ভারতকী দর্শন অমদি ধর্মতত্ত্বগী সার য়াওবা শাস্ত্রগ্রন্থ পুম্নমক্কী প্রামাণিক ওইবা অনুবাদ ভাষ্য অমসুং মূল ভাবকা লোয়নননা লাইরিক ৮০ থক লেংখি। মাল পুবা জহাজ অমদা তোংদুনা মহাক্না নিউ য়োর্ক সহরদা অহানবা থুংবদা মথৃক্তা শেল মনাম ৭ য়াওরমদে। অদুবু মানা য়াম্না থানা হোৎনবগা মতুংদা শোক ১৯৬৬ কী জুলাই থাদা 'আন্তর্জাতিক কৃষ্ণভাবনামৃত সংঘ' লিংখৎলি। শোক ১৯৭৭ তা মহাক্না থুপত্রিবৈগী নমাং ফাওবা মহাক মশামক্না সংঘ অসি চলাইরম্মী অদুগা চামদগী হেনবা মশীংগী মন্দির, আশ্রম, স্কুল অমসুং ফার্ম কমিউনিটিগা লোয়নননা সংঘসিবু আন্তর্জাতিক প্রতিষ্ঠান অমা ওইহল্লম্মী।

শোক ১৯৬৮ দা শ্রীল প্রভুপাদনা আমেরিকাগী ওয়েস্ট ভার্জিনিয়াগী চীঙ লমদমদা "অনৌবা বৃন্দাবন" কৌবা বৈদিক সম্প্রদায় অমা চাংয়েং ওইনা লিংলম্মী। একর ২০০০ রোমগী লমদমদুদা অনৌবা বৃন্দাবন কৌবদুনা মহৈ য়াল্লবদা মদুনা থৌইনশিন্দুনা মাগী শিষ্যশিংনা আমেরিকাদা অদুগা অতৈ অতৈ দেশ অয়াম্বদা অনৌবা বৃন্দাবনগুবা সম্প্রদায় কয়ামরুম লিংখি।

শোক ১৯৭৫ দা বৃন্দাবন্দা শ্রীল প্রভুপাদনা কংপা য়োঁনা ফজরবা "কৃষ্ণ বলরাম মন্দির" অদুনে অদুগা আন্তর্জাতিক অতিথিসালানে অনীদু শঙ্গাখি। শোক ১৯৭৮ দা জুহুদা বোম্বাইগী সমুদ্র তোর্বান্দা একর মরি পাকপা লমদা মন্দির হৌজিকালগী প্রেক্ষাগৃহ, ফজরবা অতিথিশালা অদুগা শা-ঙা য়াওদবা চাক্লেন শঙগা (নিরামিষ ভোজনশালাগা) কোয়না পাক চাউরবা সংস্কৃতিক কেন্দ্র অমা লিংখৎলী। শ্রীলপ্রভুপাদনা খ্বাইদগী হেন্না পামজখিবা পরিকল্পনাদি নোংচুপ বংলাগী মায়াপুরদা কৃষ্ণভক্ত লীশিং ৫০ রোমগী বৈদিক সহর অমা শেমগৎপনি। শ্রীধাম মায়াপুরগী নগরী অসি ঙসিদগী চহী লীশিং ৫ ফাওবা পৃথিবীগী খ্বাইদগী থোইবা সংস্কৃতি, বৈদিক জীবনধারাগী খুদম ওইনা পৃথিবী পুম্নগী ফিদম্মফম ওইরগনি।

অসিদগী হেন্দে কুনা শ্রীল প্রভুপাদনা নোংচুপকী ভগৎতা বৈদিক প্রথাগী মতুং ইনবা প্রথমিক অমসুং মধ্যমিক শিক্ষা পীনবা থৌরাং তৌরম্মী। শোক ১৯৭২ দা মহাক্না অহানবা গুরুকুল (গুরুদেবগী মীংয়েং খাদা পারমার্থিক জ্ঞান ফংনবা আশ্রম) লিংখৎখি; অদুবু ময়কসিদা পথিবীগী মফম মফম বয়াদা অসিগুম্বা গুরুকুল য়াম্না লিংখৎলে অদুগা বিদ্যার্থী লীশিং লীশীংনা গুরবুলশিংদুদা পারমার্থিক জ্ঞান ফংলি।

শ্রীল প্রভুপাদগী খ্বাইদগী হেন্না শীংথানঙাই ওইবা থুদোনদি মহাক্না লেংলম্বা লাইরিক ময়ামসিনি। পণ্ডিত সমাজনা দিব্যজ্ঞানগী ওইব লাইরিকশিংগী প্রমাণিকত (মরা চৎপা য়াবা) গম্ভিরতা (য়োঁনা লুথবা) অমসুং সরলতা (চম্বা) খিবিকসিবু শ্রদ্ধাভক্তিগা লোয়ননা য়াবিরি; অদুগা লাইরিকশিংসিবু বিশ্ববিদ্যালয় অযাম্বদা পাঠ্যপুস্তক (তম্মনবা লাইরিক) ওইনা লৌখৎলি অদুগা প্রভুপাদগী লাইরিক-শিংসে তোঙান তোঙানবা লোন ৩২ দা হন্দোকখ্রে। প্রভুপাদগী লাইরিকশিং ফোংনবগীদমক ভক্তিবেদান্ত বুক ট্রাষ্ট কৌবা প্রতিষ্ঠান অমা শোক ১৯৭২ দা লিংখৎলম্বসি হৌজিক ভারতীয় ধর্ম্ম অমসুং দর্শনগা মরী লৈনবা খ্বাইদগী চাউবা লাইরিক ফোঙনবা প্রতিষ্ঠান অমা ওইরে। শ্রীল প্রভুপাদগী ইংরাজী অনুবাদ অমসুং ভাষা য়াওনা বাংলা লোনগী রাষ্ট্রিয়গ্রন্থ শ্রীচৈতন্যচরিতামৃত অদু খণ্ড ১৭ থোকনা ফোঙলে। শ্রীল প্রভুপাদনা মসি ইবদু থা ১৮ তগী মনুঙদা লোইশিনখিরম্মী। তসুক অহল ওইরবা শ্রীল প্রভুপাদনা চহী ১১ সিগী মনুঙদা মহাদেশ তরুক্কী মফমদা ভগবৎ তত্ত্বজ্ঞানগী মরমদা ভাষণ পীবগীদমক পৃথিবীদা ১৪ রক হন্না কোয়রম্মী। অসুক কনবা থৌরম লৈনা লৈনমক শ্রীল প্রভুপাদনা মাগী লাইরিক লেংবগী থবকসু কন্না চৎথখিরম্মী। মহাক্কী লাইরিকশিংদি বৈদিক দর্শন, ধর্ম্ম অমসুং সংস্কৃতিগী লাইরিকশঙনি।

শোক ১৯৭৭ কী নবেম্বরগী ১৪ দা শ্রীল প্রভুপাদ শ্রীধাম বৃন্দাবন্দা থুপখি। শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুগী মরাহৈ "পৃথিবীতে আছে যত নগরাদিগ্রাম। সর্বত্র প্রচার হইবে মোর নাম। ' পৃথিবীসিদা লৈরিবা নগর পুম্নদা ঐগী নাম প্রচার ওইগনি।" অসিবু মহৈ য়ায়বগীদমক মহাক মালেমদা লেঙথরক্লম্বনি, অদুনা শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুগী মরাহৈবু শন্দোকুনা জগৎ পুম্না ভগবানগী খোঙ থম্বানদা চঙহন্দুনা অমৃতগী মশক ওইবা লদ্দীদু তাকপীরম্মী। পৃথিবীগী মীশিংনা সংসার বিষয়গী পুন্সিদা অরেম্বনি খঙবা ঙম্বা পারমার্থিক জীবন লেপ্লকপা মুমিংতা শ্রীল প্রভুপাদগী পীরম্বা খুদোলগী মশক থরাই য়াওনা খঙবা ঙমগনি, অদুগা শ্রদ্ধাগা লোয়ননা মরায় লুক্কবা পুকচেলদা মহাক্না খুয়া থম্বালদা থুকমজগনি। শোক ১৯৭৭ তা মহাক শ্রীধাম বৃন্দাবনদা থুপখ্রে, অদুবু ঙসিসু মহাক মাগী অমৃত-ময় গ্রন্থগী মনুঙদা, ভগবান্গী বাণী মনুঙদা মূর্তি লৌদুনা লৈরি। মাগী শিক্ষানা থম্মোই ঙানজরম্বা হায়বদু ওইদুনা ভগ-বান্গী নাক য়োঁনীংবা মীশিংবু লমজীংবিনবা মহাক মতম পুন্নমক্তা মীশিংদুগী থম্মোই লকাদা ঙাক্সাইদুনা লৈগনি হায়বসে ঐখোয় খঙঙী।

# ৱামাঙ য়ানবা

হৌজিক্কী মীওইবা সমাজগী দরকার ওইবা করিনো হায়বসি ঐখোয়না খঙজিনবা তঙাইফদে। দরকার ওইরিবসি করিনো? ঙসিদি মীওইবা সমাজ অসি অকক্লবা লৈপাক নত্রগা জাৎতি কাঙলুপ অমগী লমগী ঙমথৈনা কোনশিন্দুনা থম্বা ঙমদে। ময়ায় ওইবা যুগকী সমাজদগী হৌজিক্কী সমাজ অসিনা পাকচাউবা য়ায়। হেন্নে অমসুং হৌজিক ময়াম্না খোরাংনা পায়রিবসি পৃথিবী পুম্বসি পুন্নগা লৈপাক অমথক্কুং ওইহনবা নত্রগা মীওইবা সমাজ অমতং লিংবা অসিনি। শ্রীমদ্ভাগবতম্গী পাউতাক মতুংইন্না আধ্যাত্মিক সমাজ অমা শেমগৎপগী যিদম'দ মীওইবা পুম্বসি অমথক্তা ওইবসিনা য়ুক্ষম ওইবনি; মীওইবা থক্তীদা নত্তে জীব সমাজ পুম্নমক অমতা ওইনবগী থোরাংনি। অসিগুম্বা ফিদম অসি মায়পাক্লা শেমগৎপগী তঙাইফদবসি মতীক মগুণ লৈরবা বাখল থনবা মীশিংগী পুক্নীংদা ফাওনরম্লবনি। শ্রীমদ্ভাগবতম্না মীওইবা সমাজগী অৱাৎপদু মেনখৎলবনি। অসিগুম্বা অপুনবা আধ্যাত্মিক সমাজ অমা শেমগৎপগী অহৌবদি বেদান্ত দর্শনগী জন্মাদ্যস্য যতঃ হায়বা সূত্রদগী হৌবনি।

ঙসি মীওইবা সমাজসি জ্ঞান য়াওদবগী অমম্বনা কুপ্পুনা থম্বা ঙমদ্রে। সংসারগী হুংঙাইবা ফংনবা লম্বী, মহৈ মশিং তম্বা অমসুং শেলথুমগী যিভম যগৎনবা হোৎনবরোমদদি পৃথিবীগী মফম খুদিংমক্তা য়ায়। থুনা থুমাঙ চাওশিল্লক্লে। অদুবু সমাজসিগী করম্বা মফমদনো অশোয়বা অমা লৈরে অদুনা করিসু লৈতবা বাযম অমদসু য়াম্না পাকচাউনা থৎনচৈনবা হেক্তা থোকই। মীওইবা সমাজসি অপুনবা লিপুন অমনা পুন্নগা করম্না ইংনা চীক্লা মরুপ মপাং ওইনা তিন্নদুনা চাউখৎনা হিংমিন্নবগী লংলা লংজিন থিবগী তঙাইফদবা লৈরে। শ্রীমদ্ভাগবতম্না অসিগুম্বা অৱাৎপসি মেনখৎকনি মরমদি মসি মীওইবা সমাজ পুম্ববু আধ্যাত্মিক থাক্তা পুখৎনবগী শেংদোক্লবা থুদোল অমনি।

স্কুলশিং অমসুং কলেজশিংদসু শ্রীমদ্ভাগবতম্সি তম্বীগদবনি মরমদি মসি অচৌবা ভক্ত প্রহ্লাদ মহারাজনা ছাত্র ওইরিঙৈদা সমাজদা হিংচাব য়াইতম্বগী বাখল থনবা অসি হোংদোকহন্নবগীদমক তাকলম্বনি।

কৌমার আচরেৎ প্রজ্ঞো ধর্ম্মান্ ভগবতানিহ।
দুর্লভং মানুষং জন্ম তদপ্যধ্রুবমর্থদম্॥ (ভাঃ ৭।৬।১)

মীওইবশিংগী মরক্তা থেম্নবা কয়া লৈরিবসি ঈশ্বরবু য়াদবা অশেঙবা জ্ঞান য়াওদবা সভ্যতা অমদা লৈবননি। ঈশ্বর লৈ, নত্রগা মঙোন্দগী পুম্নমক থোক্লকপা, মানা পুম্নমকপু য়োকপা অদুগা মঙোন্দা পুন্নপ তিন্নুগদবা কনাগুম্বা অথোইবা শক্তি লৈবা অমা লৈ। সংসারগী বিজ্ঞাননা শেম্নিবা পুম্নমকসিগী হৌফম মরু ফংনব থিরগা মদুগী মরম থক্তিক্তমক থঙবা ঙমই; অদুবু অচৎ চত্ত লৈরিবা পুম্বসিগী অথোইবা হৌফম অমদি লৈ হায়বসি কনামতনা য়াদবা ঙম্লোই। অসিগুম্বা অথোইবা হৌফমদু নীংথিরবা শ্রীমদ্ভাগবততা য়াম্না মরম চানা অমসুং অধিকার লৈনা শন্দোক্লা তাক্লি।

শ্রীমদ্ভাগবতম্‌সি তশেংনমক লৈরিবা পুন্নমক্কী হৌকম্লু খণ্ডনবগী পারমার্থিক বিজ্ঞানচুদা নত্তে, মসিদগী ভগবানগা ঐখোয়গা লৈনবা মরী অমসুং ফিদম্ননিঙাই ওইরবা মীওইবা সমাজগীদমক ঐখোয়গী তৌকম থোকপা ইথৌ খণ্ডনবগী অখোইবা জ্ঞানস্লু পীবিরি। মসি সংস্কৃত লোন্দা ইরম্বা মতীক মঙাল লৈরবা লাইরিক্লি অমসুং হৌজিক লাইরিকসি ইংরাজী লোন্দস্লু শব্দোক্লা লেংথোক্লুনা ফোঙলে। কনা-গুম্বনা লাইরিকসিবু য়াম্না চেকশিন্না পাজরবদি মহাক্লুনা ঈশ্বরবু হকথেংননা খঙবা ঙমগনি অমসুং ঈশ্বর থাজদবা কাওবুশিংনা লাকথুনবা কন্না য়ৈরকপা চৈফুদগী মশাবু ঙাকথোকপা ঙম্বা মহৈদ্লু চপচানা হৈগনি। মসিগী মথক্তা অসিগুম্বা জ্ঞানসি লৈবদগী পারিবা মীচুনা অতোপ্পা মীওইবুস্লু ঈশ্বরগী মায়কৈ-রোমদা পুশিল্লকপা ঙমগনি।

শ্রীমদ্ভাগবতম্‌সি মরম পুন্নমক্কী হৌরকফম মরম অচু মশক তাকপদগী হৌই। মসি বেদান্ত সূত্রবু ইরম্বা শ্রীল ব্যাসদেব মশানা পীবা বেদান্ত সূত্রগী মশাগী ওইফম থোকপা চপচাবা ভাষ্যনি অমসুং মসিনা ঈশ্বরবু মশক খঙবগী অয়োবী থাক্লু য়োনা তপ্না তপ্না মাপলগুবা স্কন্ধ ফাওশা পুখৎলকই। অসিগুম্বা দিব্য জ্ঞান অসি মকোক্তগী হৌরগা মথঙ মনাও নাইনা নৈনরকপগী তঙাইফদে অমসুং অতৈ অচম্বা লাইরিক্লুম্না মমৈ মকোক খঙদনা চোংচুনা থক পারোইদবনি। মসি অহানবা স্কন্ধদগী হৌরগা মথঙ মনাও পাচুনা খঙনবা হোৎনগদবনি। পানবগীদমক সংস্কৃতকী মূল শ্লোক, বাহৈগী অর্থ, শ্লোক্কী অর্থ অমসুং নৈনরোল ফজনা য়াওরে। অহানবগী স্কন্ধ মাপল অসি পাবা লোইবদা মীচুনা ঈশ্বরগী মশক তশেংনা খঙবা ঙমগনি।

তরাগুবা স্কন্ধ অসি মমাঙগী স্কন্ধ মাপল অসিদগী তোঙাল্লি মরমদি মসিদা পরমেশ্বর ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী লীলাশিংচু হকথেংননা তাক্লি। মমাঙগী স্কন্ধ মাপল অসি পারক্তবা মীনা তরাগুবা স্কন্ধদা তাক্লিবা অসিগী মরম খঙবদা বানা থোকনি। লাইরিকসি স্কন্ধ তরানিথোইদা মপুঙ ফারে, তৌবগীদি স্কন্ধ খুদিংমক মশাগী ওইনা মপুঙ ফানা লেপচবনি অচুবু মসি মথঙ মনাও নাইনা থন্না থন্না তৌচুনা পাগদবনি।

শ্রীমদ্ভাগবতম্লু ময়ামদা লাম্থোক্লবা হোৎনবসিদা ঐগী ইতিক চাজদবা কন্না লৈ হায়বা ইশানা য়াজৈ। অচুবু শ্রীমদ্ভাগবত-তা পন্নম্বা শ্লোকসিগী মতেঙ লৌজয়গা সমাজসিগী বাথল লৈবা মীওইশিং অমসুং লৈবাক্কী লুচিংবশিংনা ভরাম ভরাম্না লৌবিগনি হায়না ঐনা আশা তৌজৈ। (ভাঃ ১।৫।১১)

তদ্বাগ্বিসর্গো জনতাঘবিপ্লবো যস্মিন্ প্রতিশ্লোকমবদ্ধবত্যপি।
নামান্যনন্তস্য যশোঽঙ্কিতানি যৎ শৃণ্বতি গায়ন্তি গৃণন্তি সাধবঃ॥

"ঙমথৈ নাইত্রবা পরমেশ্বর ভগবানগী মমিং, মিংচৎ, মশক অমসুং লীলাশিংবু শৈথারিবা লাইরিকসি লাম্না লমজিংবিরবা সমাজসিদা পাপকী পুন্সি লেল্লিবসিদগী অওনবা পুরক্লবগীদমক্তা শেমলম্বা ঈশ্বরগী থুৎশেম্নি। অসিগুম্বা শাস্ত্রসি অশোয়বা য়াওদনা লেংবা নৎত্রবস্লু থম্মোয় তশেং তশেংলবা সাধুশিংনা তানৈ, শক্লৈ অমসুং লৌনৈ।"

দিল্লী,
ডিসেম্বর ১৫, ১৯৬২

ওঁ তৎ সৎ
অভয়চরণারবিন্দ ভক্তিবেদান্ত স্বামী

# ৱাহৌদোক

ঈশ্বরতত্ত্বজ্ঞানগা ব্রহ্মজ্ঞানগা অনীসি চপ মান্নবা থাক্তা লৈতে। শ্রীমদ্ভাগৱতম্না ব্রহ্মজ্ঞাননা তাক্লিবা পান্দম অদুবু তাকই। ঈশ্বরগী তত্ত্ব হায়রগা মযামসিবু লাকশিন্দুনা থম্লিবা মাবু থঙনৈ অদুগা ব্রহ্মানা লৈরিবা শক্তি পুম্বগী অথোইবা হৌফমদুবু থঙনৈ। পরমেশ্বর হায়বদুদি মশক মওং নাইনা লৈবনি হায়বসিগী মতাঙদা মত খেন্নবা অমতা লৈতে, মরমদি পুম্ন কপু লাকশিন্দুনা থম্লিবা মহাক্তু মশক মওং লৈতবনা ওইবা য়াদে। হৌজিকী প্রজানা খনতরগা চলাইরিবা শাসন ঙসি খরমথৈদি শরুাইদবা ওইনা লৈ অদুবু ময়ামসিগী থবক চলাইরিবা মকোক অদুদি শরুাইবনি (মীনা চলাইবনি) অদুনা শরুাইদবগুম লৈরিবা সরকারদু শরুাইবা মীশক অমগী মথা পোম্না লৈ। অদুগা শাসন তৌবা হায়রগদি ঐখোয়না মহাক্তু শরুাইবা মী অমনি হায়না য়াকম খোকই। তোঙান তোঙানবা থবকী তোঙান তোঙানবা খোপুবা লৈবগুম অপীক অপীকপা থবক চলাইবা লাই কয়ামসু লৈ। ভগবদগীতাগী মতুং ইন্নদি ময়ামগী মরক্তগী খোইদোক হেন্দোক্লা শক্তি লৈবা মংাক্তু বিভূতিরৎ সদস্ হায়বদি অথন্নবা শক্তি হাপ্পবা লাই লাযনা কৌই অদুবু পরম ব্রহ্ম হায়বদুদি মথন্তনি, অনীগুদে। অসিগুম্বা মহাকপু শ্রীমদ্ভাগবতম্না পরম্ সত্যম্ হায়না মীংথোল্লি।

শ্রীমদ্ভাগবতম্ অসিবু লেংলম্লিবা শ্রীলব্যাসদেবনা ইহান হানবদা পরম্ সত্যম্ মাবু ভক্তি তৌনা, থুরুমজে, মরমদি পরম্ সত্যম্দি শক্তি পুম্বসিগী হৌফম পরমেশ্বর ভগবাননি। তোঙান তোঙানবা দেবতাশিংসিসু তশেংনমক মশা মশাগী শক্তম লৈবনি অদুগা দেবতাশিংদুনা যংলিবা শক্তিদুগী লোফম ওইরিবা মহাক্তুনা পরমেশ্বর ভগবাননি। সংস্কৃতকী ৱাহৈ ঈশ্বর হায়বসিনা ভগবানগী অর্থ পুই অদুগা খ্বাইদগী অথোইবা মাবুনা পরমেশ্বর ভগবান নত্রগা খ্বাইদগী অথোইবা ঈশ্বর হায়না কৌই। পরম পুরুষ পরমেশ্বর ভগবানদি অথোইবা জ্ঞান লৈবনি; মহাক্না অতৈ কনাগুম্বা অমদগী শক্তি লোক্নবা লৈতবনিনা হীরম খুদিংমক্তা মনীং মথা তম্মী। বেদশাস্ত্রদা ব্রহ্মাবু ইন্দ্র, চন্দ্র, বরুণনচিংবা লাই পুম্নমক্কী মকোক্কি হায়না পল্লী অদুবু শ্রীমদ্ভাগবতম্দা তাক্লিবদি ব্রহ্মাগী শক্তি অমসুং বুদ্ধি অসিগী মতাংঙদা য়েংলুরগদি মহাক মশানা মনীং মথা তৌবা ঙমজদে হায়বসিনি। ব্রহ্মা কাওবনা জীব পুম্নমক্কী থম্মোয়দা পরমাত্মা ওইনা অমুম্লেইরিবা ভগবানদগী বেদগী জ্ঞান লৌই হায়না পল্লী। পরমেশ্বর ভগবান্না লৈরিবা খুদিংমক হকথেংননা নত্রগা নাকো ননা লোয়না থঙই। ভগবাননগী পিক্লবা অংশ ওইবা জীবনা মশাগী হকচাঙগী নত্রগা মপান্থংগী কুয়োমসিগী মরম হকথেংননা নৎত্রগা নাকোয়ননা থঙবা ঙম্বা য়াই অদুবু পরমেশ্বর ভগবাননদি মাগী অন্তরঙ্গা অমসুং বহিরঙ্গা শক্তি অনীমকসি চপচানা থঙই।

জন্মাদ্যস্য হায়বা ৱাহৈসিনা লৈরিবা পোৎশিংসিগী হৌফম, তুঙফম অমসুং লোইফম (সৃষ্টি, স্থিতি, প্রলয়) অসিগী থোরকফমদু জ্ঞান মপুঙ ফানা লৈরবা পরমেশ্বর ভগবাননি হায়বসি তাকই। ঐখোয়না হৌজিক হৌজিক থেংনরিবশিংসিদগী থঙবদি থবায় পান্দবা পোৎদগী কুরিগুম্বা অমত্তা থোরক্তে অদুগা থবায় পান্দবা পোৎশিংসি জীবদগী থোরকই হায়বসিনি। থুদম ওইনা জীবগা শোক্নবদগী পোৎচাক্না শাবা হকচাঙসি থবক তৌরি। জ্ঞান থেনবা কাঙবুশিংনা চমম্বদগী পোৎচাক্না শাবা হকচাঙদু মশাগী অশেঙবা শক্তম্নি হায়না লৌই অদুবু হকচাঙগী মেচিং সিবু থোদুনা চৎহল্লিবদি আত্মাদুননি। জীব ওইরবা মৈরিক্তুনা হেক থোকথিবা মিৎকুপতুদা হকচাঙগী মেচিনসি করিমত্তা কায়ত্রে। মতৌ অম্বম্না শক্তি পুম্নমকসিগী হৌবমদু পরম পুরুষ পরমেশ্বর ভগবাননি। ৱাফমসি বেদ শাস্ত্রদা কোঙদোকপীরম্বনি অদুগা অসিগুম্বা আধ্যাত্মিক বিজ্ঞানসিবু শন্দোক্লম্বা মহাজনশিংনা মসিবু অচুম্বনি হায়না লোরম্মী। জীববু ব্রহ্ম হায়না কৌই অদুগা অচৌব আচার্য্যশিংগী মরক্তা

অমা ওইরম্বা শ্রীপাদ শঙ্করাচার্য্যনা ব্রহ্মনা অশেঙবনি জগৎসিনা ওইদবনি হায়রম্মী। শক্তি পূম্নমক্কী হৌকমদি জীবনি শক্তিনি অদুমা মাদু পরম পুরুষ হায়না য়েংনক্লা লৈতনা লৌনৈ। মহাক্লা হৌথিবা হৌজিক অমসুং তুংদা লাকদবা মতম অহুম্বু থঙই অদুগা মাগী থুংশেন ওইবা ভৌতিক অমসুং আধ্যাত্মিক জগৎ অনিসিগী মরাক ময়ুং থুংনা থঙই। মপূঙ ফাদবা জীবনা মহাক্কী হকচাঙসুংদা কন্নি লৈবগে হায়বা ফাওবা থঙদে। জীবনা মপূঙ ফাবা জ্ঞান লৈরবা মতমদা থোক্লিবা পূম্নমক অসিগী মরম মূল্লা থঙবা ঙম্মী, অদুগা পরম পুরুষ ভগবাননা পূম্নমক্কা মপূঙ ফাবনিনা মহাক্না লৈরিবা পূম্নমক্কী মরম মূল্লা থঙবা হায়বসি হৌনশানি। মরম অসিনা শ্রীমদ্ভাগবতম্দা মহাকপু বাসুদেব নত্রগা মপূঙফাবা জ্ঞান অমসুং শক্তি গুনা তিল্লগা মক্কম পূম্বা শীনথুংনা লৈবা হায়না থঙনৈ। হায়রিবা বাফমশিংসি শ্রীমদ্ভাগবতম্দা য়াম্না মাচা থান্না ভাক্তি অমসুং পারিকা মীওইশিংদা মসি কৃপা নৈননবগী থুদোংচাবা পীবিরি।

যুগসিদা শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা শ্রীমদ্ভাগবতম্বু থবক ওইনা উৎথোক্তুনা প্রচার তৌরম্মী। শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুগী মরম লৈতবা কৃপাতনা শ্রীমদ্ভাগবতকী বিষয়শিং থঙবদা লায়না থোকহল্লি। অদুনা শ্রীমদ্ভাগবতমগী মগুণ শৈথাবা নীংথিনা ভয়বগীদমক মহাক্কী পুন্সি বারী অমসুং পাউতাক্কী শন্নপ্না বারোল অমা হাপচরি।

শ্রীমদ্ভাগবতম্দি মী ভাগবত অমদগী হৈনবা তমগদবনি। ভাগবত তত্ত্ব থঙলিবা মীত্তবু ভাগবত কৌই। ভাগবত ওইরবা মীওইদুদি শ্রীমদ্ভাগবতা তাক্লম্লিবা পাউতাক মতুং ইন্না মপুন্সি লেপ্লিবা মীত্তুনি। শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুদি পরমেশ্বর ভগবানমক্লিনা মহাক ভগবান অমসুং ভাগবত অনীমক্লি। মরম অসিনা মহাক্না তাকম্বা নিয়ম ইন্দুনা শ্রীমদ্ভাগবত থঙননবা হোৎনবসি মীপুম থুদিংমক্কী থৌদাংনি। পৃথিবীগী সহর অমসুং গুঙং থুদিংমক্তা শ্রীমদ্ভাগবতকী পাউতাক শন্দোকপসি মানা পাম্লম্বনি অদুগা ভারত তা মী ওইনা পোক্লিবা মথোয়দুনা জ্ঞানসি শন্দোকপগী থৌদাং লৌগদবনি।

শ্রীমদ্ভাগবতম্সি পরমেশ্বর ভগবান শ্রীকৃষ্ণবু থঙননবগী বিজ্ঞাননি। মাগী মরমদা থরদি হান্ননা ভগবদ্গীতাদা তাকপ্রে। শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা তাকপীরম্বদি জাৎ-ধর্ম্ম থায়দনা কনাগুম্বা অমনা শ্রীকৃষ্ণগী তত্ত্বজ্ঞানবু (শ্রীমদ্ভাগবতম্ অমসুং ভগবদ্গীতাবু)· থঙলবদি মহাক্তু গুরু ওইবা য়াই হায়বসিনি।

পৃথিবীসিদা লৈরিবা অবা অনা তারিবা মীশিংগী মঙ্গলগীদমক মীওইবা সমাজসিদা কৃষ্ণজ্ঞান শন্দোক্তুনা থঙহনবগী য়াম্না তঙাইফদবা লৈরে। মরম অসিনা ঐখোয়না লৈবাক্কী লুচিংবশিংদা মখোয় মশাগী য়াইফনবা, সমাজগী য়াইফনবা অমসুং পৃথিবীগী মীপুম থুদিংমক্কী য়াইফনব কৃষ্ণজ্ঞান লৌবিয়ু হায়না নোমুক্লা হায়জরি।

———

# শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুগী অশঙ্বা পুন্সি ৱারী অমসুং পাউতাক

শকাব্দ ১৪০৭ ( ইং ১৪৮৬ ফেব্রুয়ারী থা ) ফাল্গুন পুর্ণিমাগী সন্ধ্যা য়াচংবদা নোংচুপ বেঙ্গল নবদ্বীপকী শ্রীধাম মায়াপুর কৌবা মফমদুদা শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা অবতার তৌবিরকই। মহাক পরমেশ্বর ভগবান্নি, ময়ামদা প্রেম ভক্তি তশ্বিগে হায়বগীদমক ভক্তগী রূপ লৌদুনা লেংথরকপনি অমসুং ভগবানগী নাম "হরে কৃষ্ণ মহামন্ত্র" সংকীর্ত্তনবু হৌদোকপিরম্বনি।

মহাকী পাবুং শ্রীজগন্নাথমিশ্র অচৌবা ব্রাহ্মণ পণ্ডিত অমা ওইরম্মী। মহাক হান্না শ্রীহট্ট লৈরম্বনি অদুবু মহৈ-মশিং তম্নবগীদমক নবদ্বীপতা লাকখিরম্মী মরমদি মতমদুদা নবদ্বীপ অসি মহৈ মশিং অমসুং সংস্কৃতিগী তঙ্কম ময়োল ওইরম্মী। মহাক্না শ্রীনীলাম্বর চক্রবর্ত্তী কৌবা নবদ্বীপকী অফাওবা পণ্ডিত অমগী মচাইবেম্মা শ্রীমতি শচীদেবীবু লুহোংলবা মতুংদা গঙ্গা মপানগী শ্রীধাম মায়াপুরদা খুন্দাদুনা লৈরম্মী।

শ্রীমতি শচীদেবীগী গর্ভদা জগন্নাথমিশ্রগী মচানুপী কয়া পোকলম্মী অদুবু অয়াম্বা নৌনা নোঙ্গাখি। শ্রীবিশ্বরূপ অমসুং বিশম্ভর কৌবা মচানুপা অনীখক্তু মমা মপানা য়াম্না মুংশিনা য়োকখি। খুইদগী অতোম্বা তরাশুবা মচানুপা বিশম্ভর হায়বসি তুংদা নিমাই পণ্ডিত হায়না কাওখি। সন্ন্যাস লৌরবা মতুংদা মহাকী মমিং শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য মহাপ্রভু হায়না কৌখি।

শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা চহী ৪৮ চুপ্না লীলা শান্নবিরম্মী। মতুংদা শকাব্দ ১৪৫৫ দা মহাক শ্রীজগন্নাথপুরীদা থুপখি।

অহানবগী চহি ২৪ দি মহাক্না নবদ্বীপতা ছাত্র অমসুং য়ুম্বানবা মী অমা ওইনা লীলা শান্নবিরম্মী। চহী নৌনা মহাক্না শ্রীমতি লক্ষ্মীপ্রিয়াগা লোয়ননা লুহোংখি। তৌইশুমসুং মহাপ্রভুনা নোংপোক বাঙ্গলাগী শ্রীহট্টতা লৈবা অহল লক্ষ্মনগী য়ুমদা চংশিন্ডুদা শ্রীমতি লক্ষ্মীপ্রিয়া দেবী নৌনা নোঙ্গাখি। শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা নোংপোক বাঙ্গলাদগী হল্লকুবা মতমদা মমানা ভক্তবদগী অনীশুবা নুপী অমা লুহোংদুনা লৌখি। অকোনবগী নুপীগী মমিং শ্রীমতি বিষ্ণুপ্রিয়া কৌই। মপুঙ্ফিচুপ্না মহাক্না মহাপ্রভুবু কায়নবগী মৈচাক খাওখি মরমদি শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা চহী ২৪ শুবদা সন্ন্যাস লৌখিবা মতমদা শ্রীমতি বিষ্ণুপ্রিয়াদি চহী ১৬ লোমদা মশাইরি।

সন্ন্যাস লৌরবা মতুংদা মমা ইবেম্মা শ্রীমতি শচী দেবীনা হায়জবদগী শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা জগন্নাথ পুরীদা লৈখি। মহাক্না জগন্নাথ পুরীদা চহী ২৪ চুপ্না লৈরম্মী। চহী ২৪ সিগী মমুংদা অহানবগী চহী ৬ তি মহাক্না ভারতবর্ষগী মফম খুদিং ( অথন্ননা খা ভারততা ) কোয়না চত্তুনা শ্রীমদ্ভাগবতম্ প্রচার তৌরম্মী।

শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা শ্রীমদ্ভাগবতম্ প্রচার তৌরম্বদা নত্তে; মহাক্না ভগবদ্গীতাগী পাউতাকপু থবক ওইনা উৎতুনা মীয়ামদা তম্বীরম্মী। ভগবদ্গীতানা শ্রীকৃষ্ণবু পরমেশ্বর ভগবাননি হায়না তাকই অদুগা অসিগুম্বা দিব্য জ্ঞানগী লাইরিকসিগী অরোইবা পাউতাক্তি— সর্ব্ব ধর্ম্মান্ পরিত্যজ্য মামেকং শরণং ব্রজ—"জগৎ সংসারদা মুংঙাইখোক্লবগী লৈরিবা থৌরাং পুম্নমক থাদোক্লগা মুগী ঐবুদা পুজা তৌ। অমুক্না তৌরবদি ঐনা নঙবু পাপ পুম্নমক কোকপিগনি। অদুনা কন্নিমতা চিংনগনু" হায়বসিনি।

লাইবক থিবদি ভগবান্‌গী হকথেঙনবা য়াথং অমসুং ভগবদ্‌গীতাগী পাউত্তাক লৈন লৈনমক লৌশিং থেনবা মীওইশিংনা চঙমবদগী মহাকপু ইতিহাসকী অচৌবা মী অমত্তা ওইনা লৌই, অদুনা মখোয়না মাবু পরমেশ্বর ভগবান্‌নি হায়না য়াদে। অসিগুম্বা লৌশিং থেনবা মীশিংসি ভক্ত নত্তবা মীওইশিংনা লায়া লমজিংবিরি। অদুম্না ভগবদ্‌গীতাগী পাউত্তাকশিংসি অচৌ অচৌবা পণ্ডিতশিংনকাওবা অর্থ লায়া তৌই। শ্রীকৃষ্ণনা থ্ পঙ্গবা মতুংদা অখণ্ড অহে পণ্ডিতশিংনা ভগবদ্‌গীতাগী ভাষ্য চামচাম কোঙগ্রে, অদুবু লাইরিক অয়াম্বা মশা মশাগী মরম্লাই বাংলনা শাজিন্দুনা ইবা ঙাক্কনি।

শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুদি পরমেশ্বর ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণমক্কি। অদুবু মীয়ামদা ভগবদ্ভক্তি তম্বিনবগীদমক মহাক্না ভক্ত ওইনা অবতার তৌই। মহাক্না ময়ামদা তম্বিরম্লিবদি শ্রীকৃষ্ণনা মরম পুম্নমক্কী থোরকফম মরম পরমেশ্বর ভগবান্‌নি অমসুং অনী লোঙদবা ভক্তিগী মপান্না মাগী সেবা তৌবনা জীবগী অথোয়বা মথৌনি হায়রবসিনি। মাগী পাউতাকী মচি ওইবা বাফমদি শ্রীকৃষ্ণ হায়রিবা ব্রজভূমি শ্রীবৃন্দাবনদা ব্রজরাজ নন্দ মহারাজগী মপারি ওইনা পোকখিবা মহাক্তো পরমেশ্বর ভগবান্‌নি, মরম অসিনা মহাকপু মীপুম খুদিংমক্না পূজা তৌনিঙাইনি হায়রবসিনি। শ্রীবৃন্দাবন ধাম ভগবান্দগী থেন্নদে মরমদি ভগবানগী নাম, রূপ, লীলা, ধাম অসিনচিংবা অসি ভগবানদগী থেন্নবা নত্তে। মরম অসিনা শ্রীবৃন্দাবন ধাম অসি ভগবানগুম্না পূজা তৌনিঙাইনি। খ্বাইদগী অথোইবা পূজাগী মওংদি বৃন্দাবনগী ব্রজগোপীশিংনা ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী ভক্তি প্রেম সেবাদা লূপতুনা তৌজরিবা পূজা অসিনি অমসুং শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা অসিগুম্বা থৌওং অসিবু খ্বাইদগী অথোইবা পূজাগী মওংনি হায়না য়ারম্মী। ভগবানবু মশক খঙনবগীদমক শ্রীমদ্ভাগবত পুরাণ অসি অমকপা লৈতবা পুরাণনি হায়না মহাক্না লৌরম্মী অমসুং মীওইবা পুন্সিগী অরোইবা পন্থংদি ভগবদ প্রেম ফংবা অসিনি হায়না প্রচার তৌই।

শ্রীল বৃন্দাবন দাস ঠাকুর, শ্রীল লোচন দাস ঠাকুর, শ্রীল কৃষ্ণদাস কবিরাজ গোস্বামী, শ্রীকবি কর্ণপুর, শ্রীপ্রবোধানন্দ সরস্বতী, শ্রীল রূপ গোস্বামী, শ্রীল সনাতন গোস্বামী, শ্রীল রঘুনাথ ভট্ট গোস্বামী, শ্রীল জীব গোস্বামী, শ্রীল গোপাল ভট্ট গোস্বামী, শ্রীল রঘুনাথ দাস গোস্বামী অমসুং চহী ২০০ রোমসিগী মতুংদা শ্রীল বিশ্বনাথ চক্রবর্ত্তী ঠাকুর, শ্রীল বলদেব বিদ্যাভূষণ, শ্রীল শ্যামানন্দ গোস্বামী, শ্রীল নরোত্তম দাস ঠাকুর, শ্রীল ভক্তিবিনোদ ঠাকুর অমসুং অরোইবদা শ্রীল ভক্তিসিদ্ধান্ত সরস্বতী ঠাকুর (ঐথোয়গী গুরু মহারাজ) অসিনচিংবা শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুগী অথোইবা ভক্তশিং অমসুং য়ায়া মমিং চংলবা অচৌবা পণ্ডিত অমসুং ভগবদ্ভক্ত কয়ানা শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুগী পুন্সি অমসুং পাউতাকী মরমদা লাইরিক কয়া ইরম্মী। অসিগুম্বা লাইরিকশিংসি বেদ, পুরাণ, উপনিষদ্, রামায়ণ, মহাভারত অসিনচিংবা শাস্ত্র গ্রন্থ অমসুং আচার্য্যশিংনা য়ারম্বা ইতিহাস অমসুং মরি লৈনবা লাইরিকশিংনা মুক্ষম ওইবনি। মখোয়শিংসি অথম্না লেঙলমবা অমসুং চাংদম্নিঙাই লৈতবা খুদম ঙাক্কনি অমসুং দিব্য জ্ঞানা থল্লা য়াওই। লাইবক থিবদগী পৃথিবীগী মীওইশিংনা মসিগী মরমদা হৌজিক কাওবা থঙদনা লৈরি। তৌইগুম্বসুং সংস্কৃত অমসুং বাংলা লোন্দা ইরম্বা অয়াম্বা লাইরিকশিং অদু কোঙদোক্লুনা মীয়ামদা ফংহল্লবদি জ্ঞানতুগী মঙালনা জগৎ পুম্নমক ঙালহনগনি। মতমতুদা ভারতকী মিংচৎ অমসুং ভগবত প্রেমনা অসিগুম্বা অৱা অনানা থল্লবা সংসারসি থুমহৎকনি। মীওইবনাঙসিদি মীংতাঙবগী মতৌগুম্না মায়াগী তুং ইন্দুনা অশেঙবা শান্তি অমসুং চাউখৎপা ফংগনি হায়দুনা থজি। তৌইগুম্বসুং মখোয়না গুরু পরম্পরা পরাং কায়দনা লাকপা আচার্য্যশিংদগী ফংবা ভগবত্তত্বগী জ্ঞানগী মপান্না শান্তি অমসুং চাউখৎপা ফংবা ঙমগনি হায়বসি থঙদে।

শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুগী পুন্সি অমসুং পাউতাকী মরমদা খজিক্কুং শয়া পঙ্গরিবসি পারগা শ্রীবৃন্দাবন দাস ঠাকুরগী শ্রীচৈতন্য ভাগবত অমসুং শ্রীল কৃষ্ণদাস কবিরাজ গোস্বামীগী শ্রীচৈতন্যচরিতামৃত নৈনবদা য়াম্না কান্নগনি। প্রভুগী অঙাং ওইরিঙৈগী পুন্সিগী মতাংদা শ্রীল বৃন্দাবন দাস ঠাকুরগী শ্রীচৈতন্য ভাগবত্-তা ফজনা ইনিরম্লে। অদুগা মহাকী পাউতাকী মতাংদনা শ্রীচৈতন্যচরিতামৃতদা য়াম্না মরিক চুম্না শন্দোক্লা তাক্লম্মী।

শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুগী অঙাং ওইরিঙৈগী পুন্সি বারীদু মাগী য়াম্না নকুবা মনাই শ্রীল মুরারি গুপ্তনা ইরম্মী অদুগা মাগী লীলাগী লোইরমদাহৈ শরুক্কা শ্রীজগন্নাথ পুরীদা তৎন থানবা লৈতনা লোয়নদুনা লৈবা মাগী মনাই শ্রীল স্বরূপ দামোদর নত্রগা শ্রীল দামোদর গোস্বামীনা ইদুনা থমহৌরম্মী। অসিগুম্বা ভক্ত অনীসিনা শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুগী থোদোক পূম্নমক্তু ইদুনা থম্মী অদুগা তুংদা শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুগী মরমদা ইবা লাইরিক পূম্নমক্, শ্রীল দামোদর গোস্বামী অমসুং শ্রীল মুরারি গুপ্ত অনীনা ইশিনহৌবশিংদুনা য়ুম্ফম ওইরগা ইবা ঙাক্কনি।

শকাব্দ ১৪০৭ কী ফাল্গুনগী পূর্ণিমা সন্ধ্যাদা ভগবাননা অবতার তৌবিখি, অমসুং মাগী অনীংবা মতুং ইন্না মুমিৎতুদা চন্দ্রগ্রহনসু লাকখি। চন্দ্রগ্রহন লাকপা মতমদা মীয়াম্না গঙ্গা নত্রগা অতৈ অশেঙবা তুরেলদা কূমদুনা স্নান তৌনৈ অমসুং সংসারগী অফা অপুন্নবা পুন্সি অমসুং পাপ কোক্লবগীদমক বেদ মন্ত্র শোনৈ। শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা পোকপা চন্দ্রগ্রহন লাকপা মতমদুদা ভারত পূম্বা—হরে কৃষ্ণ হরে কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৃষ্ণ হরে হরে হরে রাম হরে রাম রাম রাম হরে হরে—হায়বা হরিনাম মহামন্ত্র অসি হৌনা শোম্নরম্মী। অসিগুম্বা ভগবানগী নাম তরাতরুক অসি উপনিষদ্ অমসুং পুরাণশিংদা পম্লম্মী অদুগা অসিগুম্বা মহামন্ত্র অসি যুগ অসিগী তারক ব্রহ্মনামনি হায়না ইরম্মী। শাস্ত্রগী পাউতাক মতুং ইন্না হায়রিবদি ভগবানগী নামসিবু অপরাধ য়াওদনা শোক্করবদি সংসারদা লৈথা তারবা জীবনা মুক্তি শোয়দনা ফংগনি। ভগবানগী মশিং থীঙমদবা নাম লৈ, মখোয়বু শোনবদা জীবনা কান্নবা ফংজে মরমদি মখোয়না তাক্লিবদু পরমেশ্বর ভগবান্বুনি। অদুবু যুগসিগীদমক ওইনা নাম তরাতরুক অসি তাক্লম্মবনিনা মীশিং। মসিগী খুদোংচাবা লৌগদবনি অমসুং শাস্ত্রগী নিয়ম ঙাক্লা চৎপদগী পুন্সি মহৈ মানশ্রবা আচার্য্যশিংগী থুদুং ইন্দুনা চৎকদবনি।

ভগবান্না পোকপগা চন্দ্রগ্রহন লাকপগা মতম অমত্তদা থোকমিন্নবসি ভগবাননা অথন্নবা থবক অমা পাঙথোক্কদৌরি তাকপনি। ভগবান্না পাঙথোক্কে নীংলিবদি কলি যুগসিদা নাম শোনবগী কান্নবদু প্রচার তৌবনি। যুগসিদা মীশিংনা করিস্সু লৈতবা বাকমগীসু হেক্তা মথৎনৈ। মরম অসিনা শাস্ত্রদা তাকপিরিবদি ভগবানগী নাম কীর্ত্তন তৌবগী ফলনা মীশিংনা পরমার্থগী পুন্সি ফংবা ঙম্মী। মীশিংনা মখোয় মখোয়গী মরোল্দা মুংশিবা সুরগা লোয়ননা ঈশ্বরগী নাম পুম্ন শোনমিন্নবা য়াই অদুগা মদু অপরাধ য়াওদনা তৌরগদি কীর্ত্তনদা শরুক য়ারিবা মীওইশিংদু তপ্না তপ্না ঈশ্বর থঙবগী থাক্তা কাথৎলকপা ঙমগনি। অসিগুম্বা সংকীর্তনসিদা জপঙ অশিং, লাইর ইনাকখুনবা, হিন্দু মুসলিম, ইংলিস মচা অমসুং ভারত মচা, ব্রাহ্মণ, চণ্ডাল মীপূম খুদিংমক্লা তাজবা য়াই অমসুং সংসারগী সঙ্গ তৌরুবদগী মোৎলকপা থম্মোইগী মিংশেল শেংদোকপা য়াই। ভগবানগী অনীংবসি খুৎনবা পৃথিবীগী মীপূম খুদিংমক্লা নোংমদি ঈশ্বরগী নাম শোনবা অসিনা মীওই পুম্নমকী ধর্ম্ম ওইনা লৌরকখিগনি। অতোপ্পা বাহৈদা হায়রগা শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা পৃথিবীসিদা থোংদারকপসিগা লোয়ননা ঈশ্বরগী নামসু পৃথিবীদা লেঙথরিরক্লে।

প্রভুনা মমাগী তম্পাক্তা লৈরিঙৈদা মানা কপ্পা মতমদা মুপীশিংনা কোইশিল্লগা খূবাক খুত্থনা ঈশ্বরগী নাম শোনবা মতমদা কপ্পা হেক্তা লেপ্পী। অসিগুম্বা অঙকপা মতৌসি য়ুমলোন কৈরোন্নবশিংনা য়াম্না ঙকনা অমম্তুং থাগৎনা য়েংনরম্মী। করিগুম্বা কান্দা মুপীশিংনা মাবু কপহল্লি অদুগা হরে কৃষ্ণ মহামন্ত্র শোল্লগা কপ্পা থেম্বদা মুংঙাইজরম্মী। মরম অসিনা অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা প্রভুনা নাম শোনবগী কান্নবদু প্রচার তৌবা হৌরম্মী। অঙাং ওইরিঙৈদা শ্রীচৈতন্যসি নিমাই হায়না কৌরম্মী। মপাগী শুমাংদা হৌবা নিম পাম্বীগী মখোঙদা পোকই হায়দুনা মমা ইবেম্মনা খোনবনি।

থা ৬ শুবগী প্রভুগী চঙম্বদা মানা তুংদা তৌরকদবা থবক্কী ঈজিৎ উৎখি। বেদগী চৎনবী মতুং ইন্না অঙাংগী তুংগী পুন্সি থঙননবা সনা-লুপাগা লাইরিকা থম্মে। মহাপ্রভুগী নাকল অমদনা সনা লুপা অদুগা অতোপ্পা নাকল অমদা শ্রীমদ্ভাগবতম্ থম্নম্মী। মদুদা শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা সনা লুপা অদু পায়দনুনা শ্রীমদ্ভাগবতম্ পায়খি।

মহাক্না যণ শাদুনা চৎলকপা কান্দা শুমাংদা নোংমদি লিল অম থোরক্লম্মী অমম্তুং প্রভুগা লিল-দুগা শান্নরম্মী। ইমুং-মনুংগী মীপুম খুদিংমক্না মদু উবদা অঙকপা অমম্তুং অকিবনা থনখি। ঙাইহাক লৈরগা লিন্দু চৎগ্রে অদুগা অঙাংদু শচী মাতানা মথাদা কোন্দুনা মুংশিনা পমখি। অমুকম্তু হন্নানবা অমনা অঙাংসিগী লীক- কান থৎকে হায়দুনা হুদুনা পুরম্মী। অচিকপা মফম থিরিবা হন্নানবা অদুগী মবেঙবান্দা তোংদুনা প্রভুনা মুংঙাইনা কোন্নরম্মী। অদুবু ভগবানগী মায়া শক্তিনা হন্নানবদুনা মাবু পুদুনা কোইচৎ চৎলুরবা মতুংদা জগন্নাথ মিশ্রগী থোঙ্গালদা পুরকখি। অদুদগী মাবু ফারগনি হায়দুনা পাখৎপদগী অঙাং অদু থাদোক্লম্নগা চেনখ্রে। তৌবগীদি পূক্নিং বারবা মমা মপা অমম্তুং মরী মতা-শিংনা অঙাংদু ফংবদা হন্নাউজখি।

নোংমা তীর্থ যাত্রীক ব্রাহ্মণ অমনা জগন্নাথমিশ্রগী য়ুমদা থুংলখি অমম্তুং মানা ভগবানদা ভোগ কৎপা মতমদা শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা মমাঙদা কৎলিবা পোৎতু হাবিখি। অঙাংনা শোক্লবদগী মাংঙে হায়দুনা ব্রাহ্মণ অদুনা অমুক হন্না ভোগ কৎনবা থোংখি। হন্দকম্তু হান্নগুম্না মহাপ্রভুনা ভোগদু চারম্মী। অসুম্না অহুমলক হন্না থোক্লবা মতুংদা অঙাংদু ফমুংদা তুমহনখ্রে। অহিংগী নোংয়াই চবুক্তা ময়াম পুম্নমক্না থোঙ লোন্দুনা কন্না তুম্নরিঙৈ মতমদা তীর্থ যাত্রী ব্রাহ্মণদুনা যজনা থোংলবা ভোগ অদু ভগবানদা কৎখি। অদুবু হান্নগুম্না মহাপ্রভুনা ব্রাহ্মণগী মমাংদা থোরক্লুনা কৎলিবা ভোগ অদু মাংথোক্লরে। মতমদুদা ব্রাহ্মণদু কপথৎলক্লে, অদুবু ময়াম পুম্নমক কন্না তুম্নখিবনা কনা-মতা তাখিদ্রে। মতমদুদা অঙাং ওইরিবা মহাপ্রভুনা লাইবক ফরবা ব্রাহ্মণগী মমাঙদা মহাক ব্রজেন্দ্র-নন্দ শ্রীকৃষ্ণমল্লি হায়বদু উৎপিখি। থৌদোকসি কনামৎদা হায়দোকনু হায়না হায়রম্নগা অঙাং ওইরিবা প্রভুনা মমাগী মনাক্তা চঙখিরম্মী।

মাগী অঙাং ওইরিঙৈগী অসিগুম্বা থৌদোক কয়ামরুম থোকখি। য়াম্না লমহেনবা অঙাং ওইনা মহাক্না গঙ্গাস্নান লাকপদা অশেঙ অমাং য়াম্না থায়গনবা ব্রাহ্মণশিংবু ফাগী জোগাই তৌদুনা লক্ক-রম্মী। মহাক্না স্কুল কাগেদি হায়দদুনা মখোয়দা ঈশিং চাইশিন্দুনা লক্লে হায়দুনা ব্রাহ্মণশিংনা মপাগী মফমদা রাকৎপা লাকপদা স্কুলগী মফি মরোল লাইরিক্লচিংবা পুদুনা স্কুলদগী বুম্নকপদা ঙাইবগুম্না মপাগী মাঙদা থোরকখি। ইক্লজফম ঘাটতম্তু অফবা মপুরোইবা ফংজগে হায়দুনা শিবগী পুজা কৎলিবি লৈক্কায়গী লৈশাবী মচাশিংদা লক্লখি। মখোয়না পুজা কৎলিঙৈদা প্রভুনা থঙইদনা থোরক্লগা হায় "মুংশিরবী ইচলশা, নখোয়না শিবদা কৎননবা পুরক্লিবা পোৎশিংদু ঐঙোন্দা কৎলু। শিবদি ঐগী

ইনাইনি অহুগা পার্ব্বতীনা ঐগী ইনাইমুপীনি। নখোয়না ঐবু পুজা তৌরবদি শিব অমসুং দেবতা অতৈশিংনা থোইনা ছেন্না পেনগনি।" খরনা মানা হায়বহু ইল্লমদে অহুদগীদি মচা তরেৎ লৈরবা হুমুবদা ময়ুম পাল্ল হায়তুনা শাপ তৌরম্মী। কিবদগী নল্লগা করিগুম্বদনা মুংশিবদগী লৈশাবীশিংহুনা মঙোন্দা পোৎচৈ কয়া কৎথি অহুদগী মখোয়দা নহা ওইবা মপুরোইবা কংজহুনা অকবা মচা য়াম্না পোকচবী মম৷ ওইজরো হায়হুনা আশীর্ব্বাদ তৌরম্মী। বরশিংহু কংবদা মুপীমচাশিংহু হরাউজে অহুবু অসিগুম্বা থৌদোকশিংসি মখোয়গী মমাশিংদা ভমহুনা বাকৎথি।

মতৌ অমুম্না শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা অঙাং ওইরিঙৈগী লীলা শান্নবিখি। মহাক্না চহী ১৬ শুবা কান্দা চতুষ্পাঠী অমা লিংখৎহুনা লাইরিক তম্বীবা হৌথি। অহুগুম্বা স্কুল অসিদা ব্যাকরণ তম্বিবা কাওবদা কৃষ্ণতত্ব শন্দোক্না তম্বীরম্মী। শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা পেনবিনবগীদমক শ্রীল জীব গোস্বামীনা সংস্কৃত ব্যাকরণ অমা কোম্না লেংখি, মহুদা ব্যাকরণগী পীরিবা খুদম পুম্নমক শ্রীকৃষ্ণগী নাম তাক্না শীজিন্নরম্মী। মসিগী ব্যাকরণসি হৌজিক কাওবা তম্নরি। মসিগী মমিং হরিনামামৃত ব্যাকরণ হায়না কৌই অমসুং বেঙ্গলদা লৈবা স্কুলশিংদা তম্নরি।

মতমসিদা কেশব কাশ্মীরী কৌবা কাশ্মীরগী পণ্ডিত অমা নবদ্বীপতা শাস্ত্রগী মরমদা মরৈ য়েংনবগী-দমক লাক্লম্মী। অসিগুম্বা কাশ্মীরগী পণ্ডিতসি ভারত থুংনা কোয়হুনা অচৌ অচৌবা পণ্ডিতশিংবু মায়থীবা পীরবা দিগ্বিজয়িনি হায়হুনা মমিং চৎলবনি। ইকোন কোম্না নবদ্বীপতা লৈবা পণ্ডিতশিংগা চাং য়েংনবগীদমক লাকপনি। নবদ্বীপকী পণ্ডিতশিংনা নিমাই পণ্ডিতকা কাশ্মীরগী পণ্ডিতকা অহানবা থেংনহল্লসি হায়না লেপ্লম্মী। অহুদা নিমাই পণ্ডিতনা মায়থীবা তারবহু মাদি অঙাংনিনা মায়থীরবহু কায়দে অহুগা মখোয়গা লাম্বা ভৌনবগী তাঙ্গা অমা য়ংগনি হায়না খল্লম্মী। অহুগা কাশ্মীরগী পণ্ডিতনা নিমাই পণ্ডিতকী মথুক্তা মায়থীবা ফংলবদি ভারত কাওরবা দিগ্বিজয়ি অমবু নবদ্বীপকী অঙাং অমনা কাওবা মায়থীবা পীবা ঙম্মী হায়হুনা মীনা হেন্না থাগৎনগনি। নিমাই পণ্ডিতনা গঙ্গা মপান্দা মাগী শিষ্যশিংগা লোয়নননা শাস্ত্র নৈনরিঙৈদা কেশব কাশ্মীরগা থেংনখি। শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা গঙ্গাগী মগুণ শৈথাবা শ্লোক খরা লেংবিয়ু হায়না মঙোন্দা হায়জখি মহুদা পণ্ডিত অহুনা খুদক্তা মানা য়াম্না থন্ড হৈরুবগী মপান্না নোংলৈ মুংশীৎ শিংপগুম্না শ্লোক চামা লেংলগা ব্রং ব্রং থিরকই। নিমাই পণ্ডিতনা খুদক্তা থিগ্রিবা শ্লোকশিংহু অশোয়বা অমত্তা য়াওদনা লোইনমক অমুক থীরকই। মহাক্না ৬৪ শুবা শ্লোকতু থীরগা মহুদা ছন্দ অমসুং সাহিত্যগী অশোয়বা পুথোক্লুনা উৎখি। মহাক্না অথৱনা পণ্ডিতনা শিজিন্নখিবা ভবানি ভর্তু: হায়বা বাহৈহুগী মরমদা হংলম্মী। বাহৈসি শিজিন্নবসি কারদবদা শিজিন্নরে। ভবানিগী অর্থদি শিবগী মুপী হায়বনি। অহুদি অতৈ কনানা মাগী মুপা ওইগদগে? অসি নত্তবা অশোয়বা কয়াম্ন পুথোক্লুনা উৎখি। মসিদা কাশ্মীরগী পণ্ডিততু পুমঙক ঙকথি। ব্যাকরণগী অচম্বা ছাত্র অমনা পণ্ডিত অমগী সাহিত্যগী অশোয়বা পুথোক্লুনা উৎপা ঙম্বসিদা মহাক ঙকখি। থৌদোকসি মীয়াম তিংগ্রিঙৈদা থোকখিবা ওইরবসু বনগী লাম্মৈগী মতৌগুম্না পাউসি নবদ্বীপ শীনথুংনা শন্দোক্নখি। নমৈদা মহৈগী লাইরেম্বী সরস্বতীনা কেশব কাশ্মীরদা প্রভুগী চরণদা চঙজৌ হায়না চমহদা তাকপিরম্মী। অমুম্না কাশ্মীরগী পণ্ডিততু প্রভুগী শিষ্য ওইখি।

মসিগী মতুংদা মহাপ্রভু য়াম্না হোঙ চাউনা শীন্দুনা লুহোংলম্মী অমসুং মতমসিদগী হৌরহুনা মানা ভগবানগী নাম সংকীর্ত্তন প্রচার তৌবা হৌরক্লম্মী। শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুবু মীয়াম্না য়ানরকপা উবসিদা কল্লক্লুনা ব্রাহ্মণ খরনা মাগী লম্বীদা মখন মখাগী অপনবা কয়ামরুম পীরম্মী। মখোয়না কয়ামুক

য়াম্না কল্লক্লবগে হায়ববু রাক্মসি নবদ্বীপকী মুসলমানগী কাজীদা রাকৎলম্মী। বেঙ্গলদা মতমতুদা পঠানশিংনা পাল্লম্মী অতুগা মতমতুগী নবাবতি হুসেন শাহনা ওইরম্মী। নবদ্বীপকী কাজীনা ব্রাহ্মণশিংগী রাকৎ অদু য়াম্না লুনা লৌরম্মী অতুনা অহানবদা নিমাই পণ্ডিতকী তুংইনবশিংনা হরিগী নাম হৌনা শোনবা য়ারোই হায়তুনা থিংলম্মী। শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা মাগী তুংইনবশিংদা কাজীগী হুকুমতু ঙাকউনু হায়তুনা হায়রম্মী অমসুং মখোয়না হান্নগুম্না সংকীর্ত্তন তৌতুনা চৎলম্মী। কাজীনা সংকীর্ত্তন থিংনবা সিফাই থারক্লম্মী অমসুং মখোয়না পুং থরা থুগায়রম্মী। নিমাই পণ্ডিতনা থৌদোকসিগী মরম তারবদা মহাক্না ময়াম হৌতুনা আইন ঙাক্তবা আন্দোলন হৌদোক্লম্মী। অচুম্বা মরমগীদমক্তা ভারতা ময়াম হৌতুনা আইন ঙাক্তবা আন্দোলন হৌদোক্লম্বসি শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা অহানবনি। মহাক্না পুং-করতাল লিশিং লিশিংগা লোয়ননা মী লাক্ষ লাক্ষ খোমতুনা অচৌবা সভা যাত্রা অমা শীল্লম্মী অমসুং কাজীগী হুকুম য়াদবা ফোঙদোকপা ওইনা কীর্ত্তন তৌতুনা নবদ্বীপকী লম্বী থুঙনা চৎলম্মী। অরোয়বদা সভাযাত্রা অতু কাজীগী য়ুমদা থুঙলরে। মতমতুদা কাজীনা মীয়ামতু কিবদগী দলান মথক্তা কাথৎতুনা লোৎখ্রে। কাজীগী য়ুমদা তিল্লরিবা মীয়ামতু য়াম্না শাউরম্মী। অতুবু শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা তপথ-বিনবা হায়জরম্মী। অকোনবদা কাজীনা খোরক্তুনা চৈতন্য মহাপ্রভুবু মচলগী মচানি হায়না কৌতুনা থেম্'ও ল্লম্মী। মহাক্না হায়রম্মী মতুদি মরী থিনবদা প্রভুগী মবুবোক নীলাম্বর চক্রবর্ত্তীসি মাগী মামনি অতুনা মাগী মমা শ্রীমতি শচী দেবীসি মাগীদি মচনমুপীনি। মচলগী মচান। মাগী মামদা শাউবা হৌনদে হায়রম্মী মতুদা মহাপ্রভুনা কাজীদি মাগী মামনিনা মক্কাকপু ময়ুমদা তরাম্না ওকফম থোকই হায়তুনা হায়রম্মী। অসুম তৌতুনা রাথোক্তু লোয়শিন্নখি অতুদগীদি মখোয় অনীনা কোরাণ অমসুং হিন্দু শাস্ত্রগী মরমদা শাংনা নৈনরম্মী। প্রভুনা ষণ হাৎপগী রাফম পনবদা কাজীনা কোরাণগী রাফম পুথোক্তুনা ঙাংলম্মী। অতুদগীদি কাজীনসু বেদদা ষণ বলী তৌবগী রাফম পুথোক্তুনা হংবদা বেদদা পল্লম্রিবা অসিগুম্বা যজ্ঞসি তশেংনমক ষণ হাৎপা নত্তে হায়রম্মী। অতুগুম্বা যজ্ঞতুদা অহল ওইরবা ষণ লাবা নত্রগা ষণবীতু বলী তৌরগা বেদ মন্ত্রগী মতেঙনা নহা ওইবা অনৌবা পুন্সি অমা পানবগী তৌবনি হায়না হায়রম্মী। অতুবু কলি যুগসিদদি ষণ হাৎপা যজ্ঞসি থিংলে মরমদি অসিগুম্বা যজ্ঞসি পাঙথোকপা ঙম্বা মতৌক চাবা ব্রাহ্মণ লৈতে। তশেংনমক কলি যুগসিদি যজ্ঞ মখল পুম্নমক থিংলে। মরমদি মখোয়শিংসি অপঙবা মীওইনা তৌবা কান্নদবা ঙাক্তা ওইরে। কলি যুগসিগী অমতা ঙাইবা যজ্ঞ দ সংকীর্ত্তন যজ্ঞনি। অসুম্না ঙাঙনবর্দগী প্রভুনা কাজীবু ভাব তাহনখি অতুদগীদি কাজীবু মাগী তুংইনবা ওইখি। মতুদগী হৌরতুনা শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা তৌদোক্লিবা সংকীর্ত্তন যজ্ঞসি কনামত্তনা থিংবা য়াদ্রে হায়না কাজীনা লাউথোক্লম্মী, অতুগা কাজীনা তুংদসু মাগী মচা মশু অমতনসু সংকীর্ত্তন যজ্ঞসি থিংবা য়াদে হায়তুনা উইল তৌতুনা থম্লম্মী। কাজীগী সমাধিতু হৌজিকসু নবদ্বীপকী মায়াপুরদা লৈরি অতুগা ভক্তশিংনসু মফমতুদা চৎতুনা ইকাই খুম্নবা উৎলি। কাজীগী মচা মশুশিং হৌজিকসু লৈরি অতুগা মখোয়না হিন্দু মুসলিমগী ইরাং থোকপা মতমদা ফাওবা মখোয়না সংকীর্ত্তন যজ্ঞদা অপনবা অমতা পীখিদে।

থৌদোকসিনা শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুসি মরিল লৈতবা বৈষ্ণব নত্তে হায়বতু তশেংনা উৎলি। বৈষ্ণব হায়বসিদি অকিবা পোক্তবা ভগবানগী মনাইনি অতুনা অচুম্বা মরমগীদমক্তদি মাগী পাঙ্গল শক্তি উংথোকই। অর্জ্জুনসু ভগবানগী অচৌবা ভক্ত অমনি অমসুং মহাক্না ভগবানগী পেন্নবগীদমক্তা থৌনা ফনা লান শোক্নখি। মতৌ অসুম্না বজ্রাঙ্গজী নত্রগা হনুমানসু প্রভু রামচন্দ্রগী ভক্তনি অমসুং মহাক্না ভক্ত নত্তবা রাবণগী কাংবুদা পারা চণচানা তন্নীখি। লৈক্তবা পাস্বে পুম্নমক শীতিন্নতুনা

ভগবানগী পোন্নবা হোৎনবনি বৈষ্ণৱকী নিয়মনি। বৈষ্ণবশিং মহৈশানা জীব হিংসা তৌদবা শান্তি পাম্বা ক্লাংবুনি অমসুং মখোয়দা ঈশ্বরগী অকবা গুণ পূরমক চেন্নী, অচুবা ভক্ত মন্তবা কনাগুম্বা ভগবান অমসুং মাগী মনাইবু হুন্দুনা ভাগ্তবা মতমদা বৈষ্ণব অমনা তুনিন্না থাজতুনা লৈথোক্কে।

থৌদোক অসিগী মতুংদগীদি প্রভুনা ভাগবত ধর্ম নত্রগা সংকীর্তন যজ্ঞ অসি হায়রদগী হেন্না কন্না শন্দোকপা হৌরক্লে অচুগা যুগ ধর্ম শন্দোকপসিগী মায়োক্তা লেপ্লিবা মখোয়বু চপচানা দণ্ডি তৌতুনা বাররম্মী। চাপাল অমসুং গোপাল হায়না কৌবা প্রভুগী মামা থোকপা ব্রাহ্মণ অনীসি কুষ্ঠি থুংহন্দুনা বারক-নীথিং অমসুং মমৈথংদা মশাগী মরাল য়াকহনা ভাকপীয়ু হায়জবা মতমদা প্রভুনা মখোয়গী অনাবা কহনবিথি অমসুং কৃপা তৌবিথি। ভগবানগী নাম প্রচার তৌ-বগীদমক মুংকং খুদিংগী মাগী মনাইশিংবু থারম্মী। মাগী অথোইবা মনাই নিত্যানন্দ প্রভু অমসুং হরিদাস ঠাকুর অনীবু ভগবানগী মপাউবু য়ুমথোঙ য়ুমথোঙ খুদিংদা য়েংশোক্নবগী থারম্মী। মতমসিদা নবদ্বীপ শীনখুংদা মাগী সংকীর্তন যজ্ঞসিনা পূমনিজ নিরম্মী। মাগী অথোইবা গৃহস্থ ভক্ত শ্রীবাস ঠাকুর অমসুং অদ্বৈত আচার্য্য অনীগী য়ুমদা সংকীর্তনগী মফম ওইরম্মী। অসিগুম্বা মহা পণ্ডিত ব্রাহ্মণ অনীসি শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুগী সংকীর্তন যজ্ঞবু থবায় য়াওনা শোগৎপা মীওইনি। শ্রীঅদ্বৈত আচার্য্য প্রভুনা কৌজবদগী শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা পৃথিবীসিদা লেঙথবি কপনি। শ্রীঅদ্বৈত আচার্য্যনা মীওইবা সমাজন লৈথা তাথরক্লুনা ঈশ্বর কংনবগী লম্বী ভক্তি প্রেম সেবা অসি অমতা তৌরক্তনা উবদা অসিগুম্বা লৈথা তারবা জগৎসি ভগবান নত্তনদি কনানা কনবা ঙমরোই হায়না খল্লম্মী অমসুং মীওইবা সমাজ পূম্নমক্কী মফমদা মীয়ুংশি পোকপদগী মহাক্না অতৈ অথম লৈতনা তুলসী পত্র অমসুং গঙ্গাজল কৎতুনা পুক্নীং লোংদনা ভগবানবু লেঙথবিরকউ হায়না পূজা তৌথি। অস্তুম্না কৌবসিদা কুইনা লৈথবা ভমদতুনা পরমেশ্বর ভগবাননা শ্রী চৈতন্য মহাপ্রভু ওইনা লেঙথবিরকই। সংকীর্তন প্রচারগী মতাংদদি প্রভুগী য়াথং মতুং ইন্না মাগী মাগী নোংমগী তৌকম থোকপা থৌদাং লৌনরম্মী।

নোংমদি নিত্যানন্দ প্রভু অমসুং হরিদাস ঠাকুর অনীনা সহরগী লম্বীদা চংলিবৈদ মীয়াম্না লাও থোকতুনা তিল্লম্বা থেনখি। লাউ থোংবতুগী মরম হংলুবদা জগাই অমসুং মাধাই হায়না কৌ-বা মচিন মনাও অনীনা য়ু ভাগতুনা লাউথোকতুনা ময়ামদা অকায়বা পীরে হায়বা খঙলম্মী। মচীন মনাও অনীসি য়াম্না ঈকাই খুম্নিঙাই ওইবা ব্রাহ্মণ শাগৈদা পোকপনি অচুবা সঙ্গ ফত্তবদগী খুইদগী ফত্তবা য়ুমলাংদবা ওইরে হায়রবসিনু তারম্মী। মখোয় য়ু থকপদা মত্তনা শা চাবা, নুপী দা কায়াম্বা, মীপোৎ মীরল মুনবা অমসুং ফত্তবা পাপ হায়বতুংখৈ তৌরবা মীনি। শ্রীল নিত্যানন্দ প্রভুনা বাম্নী পূম্বা লোইনা তাবে অচুগা অসিগুম্বা লৈথা তারবা মখোয় অনীসি ইহান হম্না লানথীরগে হায়না খল্লম্মী। মখোয়গী পাপকী পুক্তিংগী লানবিম্নবদি শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুগী মতীক মগুণসি অমুকা হেন্না শক্ল শোরগনি। অস্তুম্না খল্লতুনা শ্রীল নিত্যানন্দ প্রভু অমসুং শ্রীল হরিদাস ঠাকুর অনীনা মীয়াম খায়তুনা চঙশিনরগা মচীন মনাও অনীতুদা হরিগী নাম শোল্লু হায়না হায়রম্মী। য়ু ভাগতরবা মচীন মনাওনা বাসি তাবদা হেন্না শাঙরতুনা নিত্যানন্দ প্রভুনা থোন অথীবা থাতুনা চৈথি। মচীন মনাও অনী চঙতুনা মখোয়বু কনা শাংনো তাম্নথি। নুমিদাংওইরমদা প্রচার তৌবগী রাকমতু শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা খঙহল্লম্মী। শ্রীনিত্যানন্দ অমসুং শ্রীহরিদাস অনীনা অপঙবা মচীন মনাও অনীবু লানথীগে হোৎনরুই হায়বসি তাবদা মহাক হরাওখি।

নোংঙারগা শ্রীল নিত্যানন্দ প্রভুনা মচীন মনাও অনীচু উনবা চৎলম্মী, অমসুং মহাক্না মখোয়গী মনাক্তা চঙশিনবদা মখোয়গী মরক্তগী অমনা মঙোন্দা চফুনা থারকখি। চফুনা মকোক্ত পাক্লুনা ঈনা পুমঙাক থঙনা চেম্বরক্লম্মী। অদুবু শ্রীল নিত্যানন্দ প্রভুনা অদুকী মতীক খোজাল হৈরম্মী মতুংদা মখোয়না তৌরিবা তুকচনিঙাই ওইবা থবক্তুদা য়েংলগী মহুত্তা মহাক্না হায়খিঃ "নখোয়না ঐঙোন্দা মুঙমা থারবসু করিস্তু কায়দে। হৌজিকসু নখোয়দা হায়জরি হরিগী নাম শোনবিয়ু।"

মচীন মনাওগী মরক্তগী জগাই কৌবা অদুনা শ্রীল নিত্যানন্দ প্রভুগী মতৌদুদা ঙকখি, অদুগা খুদক্তা মাগী মখোঙদা তুদুনা পাপচেনবা মনাওদুবু ঙাকপীয়ু হায়না নিজখি। মাধাইনা অদুকা হন্না নিত্যানন্দ প্রভুদা ফুগে তৌবা মতমদা জগাইনা মাবু থামলগা মাগী মখোঙদা তুজদুনা মরাল ঙাকপীয়ু হায়জৌ হায়দুনা তাকপীরম্মী। নিত্যানন্দ শোকপগী পাউ মহাপ্রভুগী নাক্তা য়ৌরকখি অদুদগীদি মৈ হৌনা শাউরদুনা মকমদুদা খুংলখি। মহাপ্রভুনা পাপীশিংদু হাৎনবা মাগী সুদর্শন চক্র কৌথরম্মী, অদুবু শ্রীল নিত্যানন্দ প্রভুনা মাগী অবতারগী মরম নীংশিংহনখি। ভগবানগী পাওখোকদবা থবক্তি পুখৎপা য়াদনা লৈখা তারবা কলিগী জীবশিংবু লানমিবসিনি অদুগা জগাই মাধাই মচীন মনাওসিনা অসিগুম্বা লৈখা তারবা মীশিংগী খুদম্নি। ভচৌবা শাগৈদা পোকপা অমসুং সংসারগী ইজৎমান কংজরবসু যুগসিগী মীশিংগী চামদা মরিকুশরাদি লৈখা তারবা মচীন মনাও অসিগুম্বা ঙাক্তনি। শাস্ত্রগী বাকম মতুং ইন্না কলি যুগ অসিগী মীশিংদি খ্রাইদগী তোনবা শূদ্র নত্রগা শূদ্রদগী হেন্না তোনবা মী ঙাক্তা ওইগনি হায়রি। শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনদি শাগৈ জাৎ অবাংবদা পোকপনা চাউবনি হায়রগা বর্ণগী বাসি কৈদৌঙৈদসু য়ারমদে অদুগী মহুত্তা শাস্ত্রগী বাফম মতুং ইন্না জীবগী স্বরূপ হায়বদি অশেঙবা শকমগী বাকমছু য়াম্না চেকশিন্না লৌরম্মী।

শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা সুদর্শন চক্র কৌথবা অদুগা শ্রীনিত্যানন্দ প্রভুনা মচীন মনাও অনীছুবু ঙাকপীয়ু হায়না খেমজরিবৈ কান্দুদা মচীন মনাও অনীনা মাগী চরণদা তুজদুনা মখোয়মা তৌথিবা তঅণাবা শাজৎ অদুগীদমক ঙাকপিয়ু হায়জখি। নিত্যানন্দ প্রভুনসু মশাগী মরাল য়াকরবা মচীন মনাও অনীবু লৌশিনবিয়ু হায়না শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুদা নিজখি। মতুঙদা মখোয়মা পাপকী থবক তৌররোই অমসুং ওক্ত লমচৎ চৎলরোইদবা ওইরগদি ঙাকপিগে হায়না তাকপিখি। মদুদা মচীন মনাও অনীমা য়াদুনা পাপকী থবক পুম্নমক থাদোকখি অমসুং খোজাল হৈরবা মহাপ্রভুনা মখোয়বু লৌশিনবিখি অমসুং মখোয়গী মমাওগী ফত্তবা থবকশিংগী বা অমুক পনবা তৌথিদে।

মসি শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুগী অথৱবা কৃপানি। যুগসিদা কনা অমত্তনা পাদা পাপ চেন্দে হায়বা য়ারোই। মসি কনামতনা হায়বা ঙম্রোই। অদুবু গুরু অমগী চরণদা চেত্তদুনা দীক্ষা লৌরবা মতুংদা অমুক হন্না পাপকী থবক তৌররোই হায়না রাশক্কবদি শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা পাপী মথল পুম্নবু লৌশিনবি।

জগাই অমসুং মাধাই মচীন মনাও অনীগী খোদোকসিদগী ঐখোয়না লৌগদবা পাউতাক কয়া য়াওরি। কলি যুগসিদা লৈরিবা মী পুম্নমক জগাই মাধাইগুম্বগী জাৎ ঙাক্তনি। মখোয়না মমাওগী পুন্সিগী পাপ কর্ম্ম ফলদগী কোকপা পাম্লবদি মখোয়না শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুগী চরণদা চেত্তজরবনি অমসুং গুরুদগী দীক্ষা লৌরবা মতুঙদা শাস্ত্রনা থিংবা থবকশিং অমুক হন্না তৌরোইদবনি। অসিগুম্বা অথিংবা নিয়মশিংসি শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা শ্রীল রূপ গোস্বামীদা পীবা পাউতাকী মতাঙদা ফুপ্না নৈনম্নি।

গৃহস্থ আশ্রমদা লৈদুনা লীলা শান্নরিবৈ মতমদা শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা অঙকপা থৌদোক থোইনা উৎখিদে, তৌবগীদি মীচমশিংনদি অসিগুম্বা মীওইশিংনা অঙকপা উথোকপদু উজনীংই। অদুবু মহাক্না অমুক্তি শ্রীবাস ঠাকুরগী ময়ুমদা অঙকপা থৌদোক অমা উৎখি। মুমিৎতু য়াম্না কন্না সংকীর্ত্তন তৌরম্মী। মহাক্না ভক্তশিংদা কধি চানীংবগে হায়না হংলম্মী। মদুদা মখোয়না হৈনৌ চানী'ই হায়রম্মী। মতমদু হৈনৌ পাম্বা নংলমদে। অদুবু মহাপ্রভুনা হৈনৌ মরু অমতং পীয়ু হায়রম্মী। হৈনৌ মরুদু মঙোন্দা পুরক্লুনা পীররবদা মহাক্না শ্রীবাসকী শুমাংদা হুল্লে, খুদক্তা হৈনৌ মতোল চোংলে। ঙাইহাক্কী মনুংদা হৈনৌ পাম্বী অচৌবা ওইরে। অদুদগীদি অমুনবা হৈনৌ কয়া য়াম্না পানবগে হায়রবু তিল্লিবা ভক্তশিংদুনা চাবা ঙমদবমুখৈ তেকথনা পাল্লে। হৈনৌ পাম্বীদু শ্রীবাসকী শুমাংদা হৌদুনা লৈরম্মী অমসুং মদুদগী হৌদুনা ভক্তশিংনা মখোয়না চানীংবা হৈনৌমখৈ হেক্লুনা হেক হেক চায়।

শ্রীকৃষ্ণগীদমক্তা ব্রজভূমিগী গোপীশিংদা পোল্লিবা প্রেম অসিবু শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা য়াম্না বাংনা থাংগৎলম্মী অমসুং মখোয়গী অনীলোংদবা প্রেমসেবাগী মগুণ শিংথাবা ওইনা শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা নোংমা শ্রীকৃষ্ণগী নাম শোনবগী মহুত্তা গোপীশিংগী মমিং শোল্লম্মী। মতম অদুদা মাগী শিষ্য ওইবা ছাত্র খরা মাবু উনবা লাক্লম্মী। মখোয়না প্রভুনা গোপী শিংগী মমিং শোল্লসদু তা দা ঙকখি। শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুগী ভাব খঙদবদগী মখোয়না প্রভুনা গোপীশিংগী নাম শোল্লিবা করিগীনো অদুগী মহুত্তা কৃষ্ণগী নাম শোল্লু হায়না পাউতাক পীশল্লম্মী। মহাপ্রভুদি দিব্যভাবতা লপ তুনা লৈরম্বনি অদুবু অপঙবা শিষ্যশিংদুনা মাগী মফমদা য়েথায়বা পীররে। মহাক্না মখোযবু বারকখি অমসুং মফমদুদগী লাপ্পা ভাম্বোকখি। শিষ্যশিংদুসু প্রভুগী লেঙ্গা ঙাক্তনি অদুনা মখোয়নসু মাবু শমান লেংমান্নবনি হায়না খল্লম্মী। মখোয় তিন্নদুনা বাতানরে অদুগা মথংদা অস্তুম্না অমুক চৈ থাংদুনা বারকপা থোক্লবদি প্রভুদা খুং থারসি হায়না লেপ্লরে। থৌদোক সিনা মহাপ্রভুগী মবমদা মীনা খরা পাউথোক্লুনা ঙাংনখি।

মহাপ্রভুনা বাফমসি খঙলক্লবা মতমদা মহাক্না সমাজদা লৈরিবা তোঙান তোঙানবা মী মখলশিংগী মরমদা মুম্না বাখল তৌরক্লম্মী। মানা খঙলম্মী মদুদি ছাত্র, ওজা, যোগী, সকাম কর্ম্মী, ভক্ত নত্তবা মীশিং অমসুং ঈশ্বরবু য়াদবা মী মখল -লোয়নমকসি ভক্তিপ্রেম সেবা অসিগী মায়োক্তা লৈবা ঙাক্তনি। মানা খল্লম্মী "ঐগী ইথৌদি কলিযুগসিগী লৈখা তারবা মীশিংসিবু লানবীবসিনি" মান্না খল্লম্মী "অদুবু মখোয়না ঐবু মীচমনি হায়না খন্দুনা ঐহোন্দা অপরাধ তৌরগদি মখোয় করিমৎতা বাহৈবা যংলরোই। মখোয়না ঈশ্বর নীংবগী পুন্সি লেনগে হায়রগদি অমা খঙদে অমা খঙদে তৌদুনা মখোয়না ঐবু ভক্তি তৌদুনা খুরুমজগদবনি।" অদুনা শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা সন্ন্যাস আশ্রমদা চঙলগে হায়মা পুক্নীংদা লেপখি মরমদি মীনা সন্ন্যাসী অমবুদি ব্যবহার তৌনা খুরুমনৈ।

চহী ৫০০গী মমাঙদা সমাজগী ফিভম অসি হৌজিক ওইরিবা ফিভম অসি য়ৌনদি লৈখা তারমদে। মতমদুদা মীনা সন্ন্যাসী অমবু ঈকায় খুম্নরম্মী অদুগা সন্ন্যাসী অমনসু সন্ন্যাস আশ্রমগী ঙাবদবা নিয়ম পূম্বা য়াম্না চেকশিন্না ঙাক্লম্মী। শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা কলি যুগ অসিদা সন্ন্যাস লৌবসি অদুক হাক্না পাম্না লৌরমদে মরমদি যুগ অসিগী সন্ন্যাস লৌবা মীওইশিংগী মনুংদা মশীং খরদনা সন্ন্যাসকী নিয়ম চেকশিন্না ঙাকপসি ঙমই। শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা সন্ন্যাস আশ্রম লৌরগে অদুগা ফিদমনিঙাই ওইবা সন্ন্যাসী অমা ওইরগে হায়না চপযুংনা লেপখি। অদুম্না তৌরবদি মীয়াম্না মাবু খুরুমজগনি। কনাগুম্বা অমনা সন্ন্যাসী অমা উৎদা খুরুম্বা হাযবসি তৌদবা য়াদবা অথৌনি ১রমদি সন্ন্যাসীদি বর্ণ অমসুং আশ্রম পুম্নমগী গুরুনি।

মহাক্না সন্ন্যাস লৌরগে হায়না খল্লিঙৈ মতমসিদা শ্রীপাদ কেশব ভারতী কৌবা কটবাগী সন্ন্যাসী অমা নবদ্বীপতা লাক্লম্বা তাঙ্গা থোক্লম্মী অদুনা শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা ময়ুমদা প্রসাদ খুনবিয়ু হায়না বার্তোন কৎচরম্মী। কেশব ভারতীনা মাগী য়ুমদা লাকপা মতমদা প্রভুনা মঙোন্দগী সন্ন্যাস লৌজরগে হায়না হায়জরম্মী। মসি সন্ন্যাস লৌবগী নিয়ম্নি। সন্ন্যাস লৌবসি অতোপ্পা সন্ন্যাসী অমগী মফমদগী লৌগদবনি। শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা হীরম থুদিংমক্তা মনীং মথা তম্নবস্থ, শাস্ত্রগী নিয়ম ঙাকপগীদমক মহাক্না কেশব ভারতীদগী সন্ন্যাস লৌরম্মী তৌবগীদি কেশব ভারতী অসি বৈষ্ণব সম্প্রদায়গী সন্ন্যাসী নত্তে।

কেশব ভারতীগা বাতাম্নরবা মতুংদা শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা সন্ন্যাস লৌমবগীদমক্তা কটোবাদা চৎননবা নবদ্বীপ থাদোকখি। মহাক্না শ্রীনিত্যানন্দ প্রভু, চন্দ্রশেখর আচার্য্য অমস্রুং মুকুন্দদত্তগা লোয়নখিরম্মী। মখোয় অহুমসিনা সন্ন্যাস লৌবগী থৌরমসিদা মাবু তেংবাংলম্মী। শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা সন্ন্যাস লৌবগী থৌদোকসি শ্রীবৃন্দাবন দাস ঠাকুরগী চৈতন্য ভাগবত-তা মরীক চুম্না শন্দোক্না ইরম্মী।

অস্থুম্না চহী ২৪ মপুঙ ফারগা মাঘ থাদা শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা সন্ন্যাস লৌথি। সন্ন্যাস লৌরবা মতুংদগীদি মহাক মপুঙ ফানা ভাগবত ধর্ম্ম শন্দোকপা মীশক অমা ওইরে। মহাক্না য়ুম্বানবগী পুন্সিদা লৈরিঙৈদা ভাগবত ধর্ম্ম শন্দোকপগী থবকসি তৌরম্নবস্থ মাগী প্রচারগী থবক্তা অপনবা পীরকপা থেংনবদা লৈখা তারবা জীবশিংগীদমক থনবীহুনা য়ুমগী মুংঙাইবা পুন্সিদু ফাওবা থাদোকখি। য়ুম্বানবগী পুন্সিদা লৈরিঙৈদা মাগী মপুঙ ওইবা অচানবা মনাইদি শ্রীল অদ্বৈত প্রভু অমস্রুং শ্রীল শ্রীবাস ঠাকুর অনীসিনা ওইরম্মী, অদুবু সন্ন্যাস লৌরবা মতুংদদি মাগী থ্বাইদগী অথোইবা তেংবাংবদি বেঙ্গলদা প্রচারগীদমক অথম্বনা শিন্নরবা শ্রীনিত্যানন্দ প্রভু অমস্রুং বৃন্দাবনগী তীর্থ মফমশিংবু থিনবগী থবক শিন্নথিবা বৃন্দাবনগী গোস্বামী তরুক (শ্রীরূপ গোস্বামী, শ্রীসনাতন গোস্বামী, শ্রীজীব গোস্বামী, শ্রীগোপাল ভট্ট গোস্বামী, শ্রীরঘুনাথ দাস গোস্বামী, অমস্রুং রঘুনাথ ভট্ট গোস্বামী ) অসিনি। অস্থুম্না শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুগী ইচ্ছাদগী হৌভিকী বৃন্দাবন অমস্রুং ব্রজভুমিগী মতীক মগুণশিংসি ময়ামদা ফোংদোকপীখি।

সন্ন্যাস লৌরবা মতুঙদা শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা বৃন্দাবনদা থুনমক চৎনিংলম্মী। মুমিৎ হুম্নি চুপ্না মহাক্না রাঢ়দেশ (গঙ্গা চেন্দবা মফম) দা কোয়রম্মী। মহাক বৃন্দাবন চৎপগী মুংঙাইবা রাথন্দা পুপ্পুনা লৈরম্মী। অদুমকপু শ্রীনিত্যানন্দ প্রভুনা লম্বী ওন্ননা চিংহুনা বৃন্দাবনগী মহুত্তা শান্তিপুরদা লৈবা শ্রীঅদ্বৈত আচার্য্যগী য়ুমদা পুরকখি। শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা শ্রীঅদ্বৈত আচার্য্যগী ময়ুমদা মুমিৎ খরনি লৈরম্মী। মহাক্না মতম চুম্নগী ওইনা ময়ুম থাদোকপ্রবনি হায়বসি খল্লহুনা অদ্বৈত আচার্য্যনা শ্রীমতি শচী দেবীগা মচাগা অরোইবা ওইনা উম্ননবগীদমক্তা নবদ্বীপতা মাগী মী থাহুনা কৌহনখি। মথোঙ হুক্তবা কী খরনা শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা সন্ন্যাস লৌপ্রবা মতুঙদা মাগী ইপীগা উনখি অমস্রুং মাগী পাহুকাহু পূজা তৌনবা পীরম্মী হায়না হায়জিল্লি অদুবু শাস্ত্রগী বাকমদদি অসিগুম্বা অসিগী মতাঙ অমতা পল্লমদে। শ্রীঅদ্বৈত প্রভুগী য়ুমদা মমা মচা উনখি, মচাবু সন্ন্যাসী ওইনা উবা মতমদা মহাক্না তেংথাহুনা অবাবা কোঙদোকখি। অদুদগীদি মমানা মঙোন্দা জগন্নাথ পুরীদা লৈয়ু হায়না হায়জখি মরমদি মহাক্না জগন্নাথ পুরীদা লৈরবদি মহাক্কী ঈ-পাউ লায়না ফংবা ঙমগনি। মুংশিরবী মমাগী অরোইবা অপাম্বা অসি মহাক্না পীবিখি। মসিগী মতুঙদা শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা পুরীগীদমক খোঙশানখি—অদুগা নবদ্বীপকী মীশিংবুদি মাবু কায়নবগী ঈপাক্তা লংথহুনা থম্বীরম্নে।

পুরী ভায়া চৎপা লম্বীদা মহাক্না মকওইবা তীর্থ মফম কয়া দর্শন তৌখিরম্মী। মনাই ভক্ত শ্রীল মাধবেন্দ্র পুরীগীদমক শক্তোম ক্ষীর থম্মানখিবা গোপীনাথকী মন্দির দর্শন তৌরম্মী। মচুদগী হৌদুনা গোপীনাথজী অসিবু ক্ষীরচোর গোপীনাথ হায়না খাইনা থঙনরে। প্রভুনা মাগী অসি ভাবদা য়াম্না পেনজখি। মীগী মপোৎ তুমিন্না য়েপশিনবগী হৈনবীসি পরম জ্ঞান লৈরবা মাগী মকমদগী অচুম মরৈ, অচুবু অসিগুম্বা হৈনবীসি পুমগুপ গুপ্পা মানা তৌবনিনা মসিগী কত্তবা মওগঠ মাঙখি। পরমেশ্বর ভগবান্দি পুমগুপ গুপ্পা থাক্তা লৈবনিনা ভগবান অমসুং মাগী ছুরানবগী হৈনবী অসিসু মাগা করিমত্তা খেন্নদে অচুনা মসিগুম্বা থৌদোকসি শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুমক্তা পূজা তৌনীংঙাই ওইরে। ক্ষীরচোর গোপীনাথকী মুংঙাইরবা বারী অসি শ্রীল কৃষ্ণদাস কবিরাজ গোস্বামীনা ইবা শ্রীচৈতন্য-চরিতামৃতদা ময়েক লানা শন্দোক্না তাক্লি।

উরিষ্যা লৈবাকী বলশোর জিলাগী রেমুণাদা লৈবা ক্ষীরচোর গোপীনাথকী মন্দির দর্শন তৌরম্বা মতুংদা মহাপ্রভুনা জগনাথ পুরী ভম্না খোঙশানখি। লম্বীদা ব্রাহ্মণ অনীথকী যুমগী বাথোক্তা শাক্ষী ওইবিখিবা শাক্ষীগোপালগী মন্দির দর্শন তৌখি। মহাপ্রভুনা শাক্ষীগোপালগী বারীসি য়াম্না মুংঙাইনা তাক্লখি। মরমদি মহাপ্রভুনা মরামগী মকমদা উৎনীংবদি আচার্য্যশিংনা য়াচুনা লাইশঙদা লাৎলিবা মূর্তিসি উকংলাই লাৎপা নত্তে হায়বসিনি; মসুম্না হায়বসি বুদ্ধি বাৎপা মীশিংঙনা হায়রনি। মন্দিরদা লাৎলিবা মূর্তিসি পরমেশ্বর ভগবানগী অর্চ্চবিগ্রহনি অচুনা অসিগুম্বা অর্চ্চবিগ্রহসি পরমেশ্বর ভগবানগা হীরম খুদিংমক্তা চপ মান্নবনি। মনাই ভক্তগী প্রেম মতুংইন্না মানা মচুগী খুদং লমন হনবনি। ব্রাহ্মণ অনীথকী য়ুমগী বাথোক্তা শাক্ষী গোপালগী বারীদা ভগবাননা অসিগুম্বা চয়েৎনবা অসি কোক্লনবা অমসুং মাগী মনাইশিংদা অথন্নবা কৃপা তৌবিনবা বৃন্দাবনদগী উরিষ্যাগী বিদ্যানগর ভায়া মূর্তি ওইনা লেঙলকখি। মকমদুদগী মূর্তিদু কত্তক সহরদা পুরকখি অচুনা ঙসিসু শাক্ষী গোপালগী মন্দিরসি যাত্রিক লীশিং লীশিংনা জগন্নাথ পুরীদা লাকপদা দর্শন তৌনরি। মহাপ্রভুনা মকমদুদা অহীং লেমখি অচুগ; পুরী ভম্না খোঙশানখি। লম্বীদা মহাপ্রভুগী সন্ন্যাস দণ্ডদু শ্রীনিত্যানন্দ প্রভুনা থুদেকখি। মসিদা শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা মপাম্বোংদা অশাঙবা উৎখি অচুনা মাগী লোয়নবা পুম্নমক হন্দোক্লমদুনা মথন্তা পুরীদা চৎখি।

জগন্নাথ পুরীদা মহাক্না জগন্নাথকী মন্দির দর্শন তৌবদা ঈশ্বরগী প্রেমদা লুপ্লুনা লৈরম্মী অমসুং জ্ঞান মাঙতুনা লৈমায়দা বাম্বতুনা তাখি। মন্দিরগী পাণ্ডা কাঙবুনা শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা উৎলিবা সংসার বাংমা লানবা ফিভমদু খঙবা ঙমমদে। মকমদুমক্তদা সার্বভৌম ভট্টাচার্য্য কৌবা মহাপণ্ডিত অমা লৈরম্মী। শ্রীজগন্নাথকী মন্দিরদা হেক চঙবগা জ্ঞান মাঙতুনা শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা তুবা অসি অচম্বা থৌদোক নত্তে হায়বসি মহাক্না মুম্না খঙলম্মী। উরিষ্যাগী নিংথৌ মহারাজ প্রতাপরুদ্রগী সভাগী পণ্ডিত মকোক ওইরিবা সার্বভৌম ভট্টাচার্য্যবু মথোৎ কায়কপা শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুগী শকক্তম উবদা চিংশল্লম্মী। অচুগা সমাধিদা লৈবা অসিনা হান্ননা সংসারগী বাথল মপুঙ ফানা কাউথোক্লবা থাক্তা লৈরবা অথোইবা ভক্তশিংতনা য়াম্না তাঙনা উৎপনি হায়বসি মহাক্না খঙলম্মী। সংসার বাংমা লাল্লবা মীওইতনা অসিগুম্বা দিব্য ভাবসি উৎপা ঙম্মী। শাস্ত্রগী জ্ঞান য়াম্না লৈরবা ভট্টাচার্য্যনা মহাক্না তৌয়না নৈনদুনা খুৎলোইরবা শাস্ত্রগী মিৎয়েংদগী মসি খঙলম্বনি। মরম অসিনা মন্দিরগী পাণ্ডাশিংদুদা শকখঙদবা সন্ন্যাসীসিবু করিমত্তা অয়েৎপা পীরুসু হায়না হায়রম্মী। মাগী সমাধিগী ফিভমদু মথা তানা য়েংনবগীদমক্তা শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুবু মাগী ময়ুমদা পুরক্লবা হায়রম্মী। মহাপ্রভুবু সার্বভৌম ভট্টাচার্য্যগী ময়ুমদা পুরক্লম্মী। মহারাজ প্রতাপরুদ্রগী সভাগী পণ্ডিত ওইবনিনা সার্বভৌম

ভট্টাচার্য্যগী শক্তি য়াম্না লৈরম্মী। সার্বভৌম ভট্টচার্য্যনা শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা উৎলিবা প্রেম ভক্তিগী বিকাস অহ্ন য়াম্না কুপ্না চাংয়েং তৌবা পাম্লম্মী মরমদি ভক্ত শাজিন্নবা কাংবুশিংনা খঙজদবা মীওই-শিংবু চিংশিন্নবা অমসুং মখোয়দগী খুদোং চাবা লোনবগীদমক অসিগুম্বা হকচাঙগী অহোংবা শক্তমসি শাজিন্নহ্নুনা উৎপা থেংনৈ। সার্বভৌম ভট্টাচার্য্যগুম্বা মহাপণ্ডিত অমনদি অসিগুম্বা নমথাক তৌবা মীশিংবু লায়না খঙবা ঙম্মী অহ্নগা মখোয়গী তাং অহ্ন মানা হেক খঙবগা মখোয়বু খুদক্তা লোদে।

শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুগী মঙাঙদদি সার্বভৌম ভট্টাচার্য্যনা শাস্ত্রগী বাকম মতুং ইন্না লক্ষণ পুন্নমক চাংয়েংলম্মী। মহাক্না চাং য়েংলিবসি বৈজ্ঞানিক অমগুম্না তৌরম্মি, অপঙবা পুক্নীং নৌগনবা মী অমগুম্না তৌরম্বা নত্তে। মহাক্না পুক্তা স্বর হোনবগী মওং, থবাকী মিহুন হুনবা অমসুং নাতোনগী স্বরহ্ন কুপ্না য়েংলম্মী। মহাক্না শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুগী মিহুন হুনবা কাওরম্মী অমসুং হকচাঙগী থবক পুন্নমক পুংলেপ লেপ্তুনা লৈরম্মী হায়বসি উরম্মী। মহাক্না নাতোন গুমাঙদা লশিং মকোন খরা থন্নম্মী অমসুং স্বর ভপ্না হোনবদগী লশিং মকোন অহ্ন খজিক্কং লেঙবা থেংনরম্মী। অসুম্না শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুগী সমাধিগী ফিভমসি অশেঙবনি হায়বা মানা খঙলম্মী অমসুং শাস্ত্রনা তাকপা নিয়ম মতুং ইন্না থবক চত্থবা হৌরম্মী। অহ্নবু শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুদি তোপ তোপ্না মওং অমদা হোৎনরগা মপানগী জ্ঞান তাহনবা তারম্মী। মহাক্তি মনাই ভক্তশিংগী হরি নাম শোনবা তারগদদা জ্ঞান লাকনি। অসিগুম্বা অথন্নবা থৌওংসি সার্বভৌম ভট্টাচার্য্যনা খঙলমদে মরমদি শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুসি কনানো হায়বা মহাক হৌজিক ফাউবা মশক খঙদ্রি। ইহান হান্না মাবু ভট্টাচার্য্যনা উবা মতমদা মহাকসে মন্দিরদা লাকপা যাত্রিকশিংগী মরক্তা অমা ওইরগোই হায়না খল্লুই।

মতমহুদা শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুগী লোয়নরকপা মনাইশিংনা মন্দিরদা খরা চোম্বনা থুংলরে অমসুং মহাপ্রভুনা ঈশ্বর প্রেমদা জ্ঞান মাঙহ্নুনা লৈখিবগী বাকম অমসুং ভট্টাচার্য্যনা মাবু পুখিবগী বাসু তারে। মন্দিরদা দর্শন লাক্লম্বা মীওইশিংনা থৌদোক্তুগী মরমদা ঙাঙনবা লেপ্পমদ্রি। তাঙ্গা চারুবদগী যাত্রিক-শিংগী মনুংদা অমনা গদাধর পণ্ডিতকা খঙনবা গোপীনাথ আচার্য্যগা উন্নথি অমসুং মতোন্দগী শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুসি গোপীনাথ আচার্য্যগী মবাই সার্বভৌম ভট্টাচার্য্যগী ময়ুমদা জ্ঞান মাঙহ্নুনা লৈরে হায়বসি খঙথি। লাক্লিবা ময়ামহ্ন গদাধর পণ্ডিতনা গোপীনাথ আচার্য্যদা মশক তাকই। গোপীনাথনা মখোয়বু শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা সমাধিদা ভাহ্নুনা লৈরিবা সার্বভৌম ভট্টাচার্য্যগী ময়ুম তান্না পুরকখি। অহ্নদগীদি ময়াম পুন্নমক হরিগী নাম হৌনা শোনগৎলকখি অহ্নদদা শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা জ্ঞান তারকখি। অসিগী মতুংদা ভট্টাচার্য্যনা নিত্যানন্দ প্রভু য়াওনা লাক্লিবা ময়ামবু তরাম তরাম্না ওকখি অমসুং ময়ুমদা অতিথি সেবা কংজগে হায়না হায়জখি। শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভু য়াউনা মখোয় লোয়নমক সমুদ্রদা স্নান তৌবা লেঙখি। ভট্টাচার্য্যনা মখোয়গী লৈফম থৌরাং তৌখি অহ্নগা কাশী মিশ্রগী য়ুমদা প্রসাদকীদমক শীন লাংখি মাগী মশেল গোপীনাথ আচার্য্যনসু মসিদা মতেঙ পাংলম্মী। শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুগী ঈশ্বর তত্বগী মরমদা মশেল-মবাই ঙাইহাক য়েৎনখি। শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুবু হান্ননা মশক খঙলবা গোপীনাথ আচার্য্যনা শ্রীচৈতন্যসি পরমেশ্বর ভগবানমক্তি হায়না পুখৎনবা হোৎনরকই অহ্নগা ভট্ট-চার্য্যনদি মহাকসি অখোইবা ভক্তশিংগী মরক্তা অমনি হায়না পল্লম্মী। মখোয় অনীনা য়েৎনরিবসি শাস্ত্রগী বাকম মতুং ইন্না য়েৎনবনি, অপঙবা মীগী মশাগী মরম্নাই বুদ্ধিগী বাকমদগী থোকপা নত্তে। ভগবানগী অবতারশিংদি শাস্ত্রগী বাযম্না লেপকদবনি, অপঙবা অঙাওবা মীয়াম্না য়াবা মতুং ইন্না লেপকদবা নত্তে। শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভু ভগবানগী অবতারনি, অহ্নুনা অপঙবা মীওইশিংনা শাস্ত্রগী বাদি পন্দনা কনাগুম্বা অমবুসু ভগবানগী অবতারনি হায়না যুগসিদদি পঙহান্ন হান্নরে। অহ্নবু

সার্বভৌম ভট্টাচার্য্য অমসুং গোপীনাথ আচার্য্যনদি অসিগুম্বা য়ুমকম য়াওদবা বাকমদা মরৈ তৌনরম্বা নত্তে। অদুগী মহুত্তা শাস্ত্রগী বাকম মতুং ইন্না মহাকপু ভগবান্নি ভগবান্ নত্তে হায়না হায়নবা হোৎনরম্বনি।

মতুংদা ভট্টাচার্য্যসু নবদ্বীপতগী লাকপনি হায়না ফোংদোক্লম্মী, শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুগী মমা পোকপা মবুবোক শ্রীনীলাম্বর চক্রবর্ত্তী অসি সার্বভৌম ভট্টাচার্য্যগী মপাগা লাইরিক তম্মিন্নরকপনি হায়বা মঙোন্দগী খঙখি। অসিগুম্বা মরীসিদগী, নহা ওইরিবা সন্ন্যাসী শ্রীচৈতন্যনা সার্বভৌম ভট্টাচার্য্যবু মপাগুম্না নুংশিবা হৌখি। ভট্টাচার্য্য মশামক শঙ্করাচার্য্য সম্প্রদায়গীনি অমসুং মাগী তুংইনবা সন্ন্যাসী কয়ামকুম লৈরম্মী। অদুনা ভট্টাচার্য্যনসু নহা ওইরিবা সন্ন্যাসী শ্রীচৈতন্যনা মঙোন্দগী বেদান্ত দর্শন তমহন্নিংলম্মী।

শঙ্কর সম্প্রদায়গী তুংইনবা কাংবুশিংসি অয়াম্বনা বৈদান্তিক হায়না খঙনৈ। অদু হায়জরবসু বেদান্ত নৈনবসি শঙ্কর সম্প্রদায়শিংতনা তৌগনি হায়বগী বাদি নত্তে। বেদান্তদি সম্প্রদায় খুদিংমক্না তম্লবা ঙাক্কনি, তৌবগীদি মখোয় মখোয়গী মরম্নাইগী ভাষ্যদি লৈজৈ। অদুবু শঙ্কর সম্প্রদায়গী কাংবু-শিংনাবৈষ্ণব ভাষ্যগী বেদান্তগী জ্ঞান লৈতে। মরম অসিনা ভক্তিবেদান্ত হায়বা মিংথোলসি বৈষ্ণবশিংনা ভাষ্যসিবু ইবা মীশক্তা ইহান হান্না পী।

মহাপ্রভুনা ভট্টাচার্য্যগী মফমদগী বেদান্তগী পারা তমগে হায়না য়াখি অমসুং মখোয় অনীমক জগন্নাথকী মন্দিরদা ফম্মিন্নরমই। ভট্টাচার্য্যনা নুমিৎ তরেৎনি চুপ্পা বেদান্তগী মরমদা লেপতনা ঙাঙলমই অমসুং শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা য়াম্না পুক্নীং চঙনা তারম্মী অমসুং মহাক্না করিগুম্বা অমতা যেৎপা তৌরমদে। শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা অসুম্না তুমিন্না লৈখিবসিদা ভট্টাচার্য্যগী পুক্নীংদা চিংনবা অমা পোক্লম্মী অমসুং মানা বেদান্তগী ব্যখ্যাসিদা করিমত্তা হায়বা হংবা তৌদনা তুমিন্না লৈরিবা করিগিনো হায়না হংলম্মী।

শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা ভট্টাচার্য্যগী মমাঙদা অপঙবা শিষ্য অমগুম্না উৎলম্মী অমসুং সন্ন্যাসীগী মথৌদি বেদান্ত নৈনবসিনি হায়না ভট্টাচার্য্যনা হায়বদুদগী মানা মাগী মফমদগী বেদান্ত তাবনি হায়না খুমম্মী। অদুবু মহাপ্রভুনা মাগী ভাষ্য অদুবুদি মবুক্লিংনা য়াররমদে। মসিনা শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা উৎলম্মী মদুদি বেদান্ত দর্শনবু ইরিবা শ্রীল ব্যাসদেবগী পাউত্তাক মতুং ইন্না চঙবা শঙ্কর সম্প্রদায় অমসুং অতৈ অতোপ্পা সম্প্রদায়শিংগী বেদান্ত নৈনবা শাবশিংদুনা বেদান্ত নৈনম্বিবদো খুৎশেমগী ওইনা বেদান্ত নৈনবনি। মখোয়না অসিগুম্বা জ্ঞানগী তুঙক্কম অসি মুন্না খঙদে। বেদান্ত সূত্রগী ব্যখ্যাদি অইবা মশামক্না শ্রীমদ্ভাগবতমদা তাক্লম্মী। শ্রীমদ্ভাগবতম্গী জ্ঞান লৈতবা মী অদুনা কৈদৌঙৈদসু বেদান্তগী তত্বদু খঙবা ঙম্মোই।

মহাপণ্ডিত ভট্টাচার্য্যনা শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা বেদান্ত নৈনবশিংগী মফমদা করেম্লবা মান্না ঙাঙবা বাকমদু খঙখি। মরম অসিনা মানা খঙদবা বাকমগী মতাঙদা করিগী হংদ্রিবনো হায়না হায়রম্মী। মহাপ্রভুনা নুমিৎ তরেৎনি চুপ্পা তুমিন্না লৈবগী মরম মানা খঙলম্মী। মসিনা তাকপদি শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুগী পুক্নীংদা করিগুম্বা খরা খল্লে হায়বসি ঙাকই, মরম অসিনা ভট্টাচার্য্যনা মঙোন্দা মাগী পুক্নীংদা খল্লিবদু ফোঙদোকপীয়ু হায়না হায়জখি।

মতমতহৃদা মহাপ্রভুনা হায়রম্মী, "জন্মাদ্যস্য যতঃ, শাস্ত্র জনিত্বাৎ অমসুং অথাতো ব্রহ্ম জিজ্ঞাসা হায়বা সূত্রশিংগী অর্থদি খঙই, তৌইগুম্বসুং মখোয়গী মরমদা নঙনা ভাল্লিবা ব্যাখ্যাহৃদি খঙবা ঙমদে। সূত্রগী অর্থদি মশানা অহুম হায়না তাকচরে অহুবু নঙগী ব্যাখ্যা অসিনা মখোয়বু কৰিগুম্বা থরনা কুপশিন্দুনা থম্বগুম থম্নে। নঙনা সূত্রগী অর্থহু হকথেংননদি হন্দহৃনা নাকোয়ননা নশাগী মত পীহৃনা অর্থ হল্লে।"

অমুম্না শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা বেদান্ত সূত্রবু মশাগী কান্নবা য়েংহৃনা মরম্লাই বুদ্ধিনা ব্যাখ্যা তৌরিবা মীশিংবু থীনা ভাঙখিরম্মী। বেদান্ত সূত্রগুম্বা শাস্ত্রবু নাকোয়ননা অর্থ হল্লিবা কাঙবুশিংবু শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা মকমসিদা থীনা শীথরে।

মহাপ্রভুনা মখা তারকই, "উপনিষদ্‌কী শাস্ত্রশিংগী অশেঙবা অর্থ শ্রীল ব্যাসদেবনা বেদান্ত সূত্রদা শম্না ব্যাখ্যা তৌরম্মী। লাইবক থীবদি নঙনা অসিগুম্বা অশেঙবা অর্থ পীদহৃনা নাকোয়ননা অর্থ তৌরে।"

বেদ প্রমাণদি য়েংনিংঙাই লৈতবনি অমসুং মসিদা চিংননিংঙাই করিমতা লৈতে। বেদদা হায়রম্বা বাশিং কায়দনা অহুম লৌগদবনি, অহু নত্রগদি বেদবু শীংনবা কৌই।

"মোইবুংগা যনথীগসি শা অনীখকী শক্ক অমসুং মথীনি। অহুবু মখোয়সি বেদনা য়াম্না অশেঙবনি হায়না হায়রম্লবনিনা বেদগী ৱাকম ইন্দুনা মীশিংমা মখোয়সি অশেঙবনি হায়না অহুম লৌনৈ।"

মসিদগী ঐখোয়না খঙগদবদি কনাগুম্বা অমনা মশাগী মপুঙ ফাদবা জ্ঞান অমসুং ইন্দ্রিয়না বেদগী বা অচুম চুমদা লেপকদবা নত্তে হায়বসিনি। বেদগী বাদি য়াওরম্বা অহুদা লৌগদবনি। মসিদি সংসারগী ৱাখল পুম্বগী মথক্কনি। বেদবু তুংইনজরিবনি হায়জরিবশিংহৃনা বেদগী বাবু মশাগী মরম্লাই অর্থ পুখোক্কুনা হল্লবা হোৎনৈ, অমুম্না মখোয়না বৈদিক ধর্ম্মগী তোঙান তোঙানবা কাঙলুপ শেম্মী। ভগবান বুদ্ধদেবনা তশেংনা বেদগী বা য়ারমদে অমসুং মশাগী ধর্ম্ম অমা লিংখৎলম্মী। মরম অসিদগী বৌদ্ধ ধর্ম্মবু বেদগী নিয়ম চেংনা-ভাকপশিংনা য়ারমদে। অহুবু বেদগী নিয়ম ভাক্লা চৎপা শাবশিংনা বৌদ্ধ ধর্ম্ম চৎপা কাঙবুশিংদগী হেন্না মাঙনবা তৌই। বৌদ্ধ ধর্ম্ম চৎপা কাঙবুদি বেদবু ইন্দে হায়না হকথেংননা হায়বা ভম্বগী থৌনা লৈ অহুগা বেদবু ইনবা শাবা কাঙবুশিংনদি কোঙনা বেদবু য়াদবদি ভমত্রগা নাকোয়ননদি বেদগী পাউত্তাকশিংবু ভাক্লা চৎতে। মহাপ্রভুনা মখোয়সিগুম্ববু থীনা শীথরম্মী।

শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা পীথ্রিবা মোইবুং অমসুং যণথীগী ৱাকমসি মভাঙসিগা য়াম্না চানৈ। যণগী মথী অসিবু শেংবনি হায়রগদি বেদ হৈবা ব্রাহ্মণ অমগী মথীনমুক হেন্না শেংবা হেল্লি হায়না য়েংলকপা ভারবদি মাগী অয়েংপা ৱাকমহু লৌরোই। যণথীবুদি অশেঙবনি হায়না মযাম্না লৌনৈ অহুগা মহাপণ্ডিত ব্রাহ্মণ অমগী মথীবুদি অমাঙবনি হায়হৃনা শোক্লদে।

শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা মখা চথরকই, বেদগী ৱাকমদি মশানা অহুম চুমজরবনি, অহুগা সংসারগী অকা অপুন্নবা জীবনা বেদগী বাবু মরম্লাই অর্থ তৌহৃনা হল্লবদি মহাক্কুনা বেদবু শীংনরবা মীনি। শ্রীলব্যাসদেবদগী হেন্না লৌশিং শিংই হায়না হায়রবদি অপঙবা তাগনি। মহাক মশানা মশাগী সূত্রগী অর্থ হন্দুনা তাক্লম্বনি। অহুমা মভোন্দগী হল্লবা মী অমগী মতেঙ লৌবগী কান্নবা লৈতে।

মানা ইরম্বা বেদান্ত সূত্র অসি মুমিং য়ুংবা মতমগী মুমিংকুম্না মিংথকপমথৈ লৌবনি অদুনা কনাগুম্বনা মুমিংকুম্না লৌরবা বেদান্ত সূত্রগী অর্থ মরম্না শাগৎপা অর্থনা হনগে হোৎনরবদি মহাক্তুনা মশাগী ভাবনা শাগৎপা লৈচিন্না মুমিংতুবু কুপশিনগে হায়না হোৎনবনি।

"বেদশ্বা পুরাণগা করিমতা খেন্নদে। মখোয়না ব্রহ্ম নত্রগা পরম সত্যবু খ্বাইদগী অচৌবনি হায়না তাকই। পরম সত্যদি পরমেশ্বর ভগবান নত্রগা অথোইবা শীল্লাংবা মাবুনি। মহাক্তু ঐশ্বর্য্য পূম্বকা ত্তিন্নবা পরমেশ্বর ভগবান্নি। মগোন্দা লল, শক্তি, মীংচৎ, ফজবা, জ্ঞান অমসুং ত্যাগ অসি খ্বাইদগী মপুঙ ফানা ত্তিন্নি। অদুবু অসিগুম্বা সংসারগী থাংমদা লৈরবা গুণ পূম্বনা লৈত্তোংলবা মাবু মশক মওং নাইদে হায়না তাক্লিবা অসিমুক ওক্লিতাই লৈতে।"

"বেদনা মাবু শক্লাইদবনি হায়না তাক্লিবসিগী অর্থদি পরমেশ্বর ভগব'নদি সংসারগী নত্তে হায়বসি তারুবগীনি। মাগী শক্তমদি সংসারগী শক্তনসি নত্তে। জীব খুদিংমক মশা মশাগী লন্নাই শক্তম লৈবা ওাক্তি অদুগা মখোয় পূম্বা পরমেশ্বর ভগবানগী অংশ তাক্তনি। অংশ ওইবা মখোয়গী লন্নাই শক্তম লৈরবোইদি মখোয়গী হৌফম ওইবা মপুম অদু শক্লাইদবা ওইফম থোক্তে। মরীলৈনবা জীব ময়া·দুগী মরক্তা মহাক্লা খ্বাইদগী অথোইবা মীশক্লি।

"বেদনা তাকপিরিবদি মঙোন্দগী হায়বদি ব্রহ্মাদগী পূম্নমক থোরকপনি, মঙোন্দা তুগুদুনা লৈ। অদুগা প্রলয় তৌদুনা মাঙথ্রবা মতুঙদা মঙোন্দদা চঙদুনা লৈ। মরম ভসিনা মহাক্না পূংফী অথোইবা হৌফম, তুঙফম অমসুং লোইফম্নি অমসুং মরম পূম্বগী অথোইবা মরম্নি। ভসিগুম্বা মরমশিংগী হৌফমসি মশক মওং নাইদবা পোৎ অমদা লৈবা হৌনদে।"

"বেদদা খঙহল্লিবদি মহাক মথন্তনা ময়াম ওনবনি অমসুং মানা ময়ামসি পুথোকে থনবা মতমদা প্রকৃতিদা মিংয়েং তাই। মহাক্লা প্রকৃতিদা মিংয়েং তাত্রিঙৈগী মমাঙদা জগৎকী সৃষ্টি লৈতে। মরম অসিনা মানা প্রকৃতিদা য়েংবসি সংসারগী নত্তে। ভগবাননা প্রকৃতিদা য়েংবা মতমদা সংসারগী পূক্লীং নত্রগা ইন্দ্রিয়শিংসি পোকত্রি। অদুন্না পরমেশ্বর ভগবানগী দিব্য ওইবা পূক্লীং অমসুং মিং পাল্লি হায়বসি চিংননিঙাই লৈতনা বেদনা প্রমাণ তৌই। মখোয়সি স'সারগী ওইবা অমতা নত্তে। মরম অসিনা মাবু মশক মওং নাইদে হায়না হায়রিবদু মাগী সংসারগী ওইবা শক্তম য়াওদে হায়বা তাকপনি, মাগী দিব্য রূপ অমা লৈত্তে হায়বা নত্তে।"

"ব্রহ্ম হায়রগা পরমেশ্বর ভগবানবুসু খঙনৈ। শক্লাইদবা ব্রহ্মবু মশক খঙবা হায়বসি সংসারগী রূপতু লোদে হায়বগী বানি। পরমাত্মানা জীব পূম্বগী হকচাঙমুংদা লৈবা ব্রহ্মগী মশক্লি। অদুনা পরমব্রহ্মবু মশক খঙবা হায়বসি পরমেশ্বর ভগবানবু মশক খঙলবদা ওই হায়বসি শাস্ত্র পূম্বগী মতম্নি। মহাক্তি বিষ্ণু তত্ত্বশিংগীসু হৌফম্নি।

"পুরাণশিংসি বেদগী মতুংইনবা শাস্ত্রনি। অচম্বা মীওইশিংদদি বেদ মন্ত্রশিংসি খঙবদা লুনা থোকই। মুপী, শূদ্র অমসুং অবাংবা শাগৈদা পোকপা দ্বিজবন্ধুশিংনা বেদগী জ্ঞান য়োৎশিন্না খঙবা ঙমদে। বেদগী বাফমশিং লায়না খঙমনবা মহাভারত অমসুং পুরাণশিংসি লৌবনি। বাল কৃষ্ণগী মমাঙদা প্রার্থনা তৌবা মতমদা নন্দ অমসুং যশোদানচিংবী ব্রজবাসীশিংগী মরাইরক ওমথৈ নাইদনা ফমবনি মরমদি পরমেশ্বর ভগবান পরমসত্য মানা মখোয়গী নক্লবা মরী মতা ওইবিরমে হায়না ব্রহ্মানা কোওদোকখি।"

"বেদ মন্ত্রনা পরম সত্য মাগী মখোঙ মখুং পান্দে অদুবু অতৈ ময়াম পুম্বদগীদি থোইনা হেন্না য়াংনা চৎলি অদুগা মঙোন্দা ভক্তিপ্রেমগা লোয়ননা কৎলক্লিবা পোৎ পুন্নমকপু লৌবী হায়না হায়। অকোনবগী বাফম অসিনা পরমেশ্বর ভগবানগী মশক মওং নাই হায়বগী শোয়দবা বাহু ফোঙদোকই তৌবগীদি মাগী মখোঙ মখুংতু সংসারসিগী জীবশিংগী থোঙ-খুং অমসুং অতৈ ইন্দ্রিয়-শিংদগীদি তোঙাল্লবসু।

"ময়ম অসিনা ব্রহ্ম হায়বসি শক্লাইদবনা ওইবা য়াদে অদুবু অসিগুম্বা মন্ত্র অসি নাকোয়ননা অর্থ তৌখিবা মতমদা পরমসত্যদু মশক মওং নাইদবা ওইনা লাল্লা থল্লখি। পরমসত্য পরমেশ্বর ভগবানদুদি ঐশ্বর্য্য পুম্বনা তিল্লবনি ময়ম অসিনা মহাক্তি সচ্চিদানন্দ বিগ্রহনি। অদু ওইরবদি মাবু মশক মওং নাইদবনি হায়না করম্না হায়গনি ?"

ব্রহ্মাদি ঐশ্বর্য্য পুম্বা তিনবনিনা মাগী শক্তি মথল মথা কয়া লৈ হায়বসি খঙনগনি অদুগা অসিগুম্বা শক্তিশিংসি বিষ্ণু পুরাণগী (৬ | ৭ | ৬০) বাকম মতুং ইন্না মথল অদুমগী মখুং চল্লী। মতুদা হায়রিবদি পরমেশ্বর ভগবানগী শক্তিসি মপুঙ ওইনা অদুমনি হায়। মাগী অন্তরঙ্গা শক্তি অমসুং জীবশিংসিবু পরা শক্তিনি (থোইগৎপা শক্তিনি) হায় অদুগা মায়াশক্তি অসিদি ঈশ্বরবু কাউথোকপদগী থোরকপা হুম্ববা মথলগী শক্তিনি।"

"জীবগী শক্তিশিংসিবু খঙনবা লোন্দাদা ক্ষেত্রজ্ঞ শক্তি কৌই। অসিগুম্বা ক্ষেত্রজ্ঞ শক্তিসি পরমেশ্বর ভগবানগী শক্তিদুগা মগুণদা মান্নজরবসু ঈশ্বরবু অমসুং মশাগী শকম অশেঙবদু কাউথোকপনা মায়া শক্তিনা লাকহৎলি অদুনা জীবশিংসি অৱা অনা মথল খুদিংমক নংদুনা লেল্লি। অতোপ্পা বাহৈদা হায়রগা জীবশিংসি থোইগৎপা তমসুং হুম্ববা শক্তি অনিগী (পরাঅপরা শক্তি) মরক্তা লৈবা শক্তিনি অদুগা জীবদুনা থোইগৎপা অমসুং হুম্ববা শক্তি অনীসিগী মরক্তা অমগা লৈনরুবা মরীগী চাং মতুং ইন্না অহাংবা অমসুং অনেম্বা থাকী জ্ঞানদা লৈদুনা হিংই।

"পরমেশ্বর ভগবান মাদি হুম্ববা অমসুং মরকী শক্তি হায়দুনা মমাঙদা পনখ্রিবা শক্তি অনিসিগী বাংমদা লৈবনি অদুগা মাগী মখুংগী শক্তি অসি তোঙানবা মওং অদুমদা শকউৎলিঃ লোম্বা নাইদনা হিংবা (সৎ), লোম্বা নাইদবা জ্ঞান (চিৎ) অমসুং লোম্বা নাইদবা নুংঙাইবা (আনন্দ)। মাগী সৎ শক্তি-সিদি সন্ধিনী শক্তিনা প'ঙথোকই; মতৌ অসুম্না আনন্দ অমসুং চিৎ শক্তি অনিসি হ্লাদিনি অমসুং সংবিৎ শক্তি অনীনা মথঙশিংনা থবক চৈথে। থ্বাইদগী অথোইবা শক্তি লৈবা ভগবান ওইনা মহাক্না আধ্যাত্মিক, ভৌতিক অমসুং মরকী শক্তি অদুমসিবু শুপ্না লাকশিন্দুনা থম্লিবনি। অসিগুম্বা শক্তি মথলশিংসি পরমেশ্বর ভগবানগা মতম পুম্বদা ভক্তিপ্রেমগী সেবানা মরী লৈনহল্লি।

"পরমেশ্বর ভগবাননা অসুম্না মাগী সচ্চিদানন্দ রূপ লৌদুনা নুংঙাইনা শাম্নবিম্নি। পরমেশ্বর ভগবানবু শক্তি লৈতবা হায়না কৌবগী থৌনা লৈরিবসি উবদা ঙক্লিংঙাই ওইত্রা? পরমেশ্বর ভগবানদি শক্তি পুম্বসিবু লাকশিন্দুনা থম্লিবনি অদুগা জীবশিংসি শক্তিশিংসিগী মরক্তা অমগী অংশনি। ময়ম অসিনা জীবগা পরমেশ্বর ভগবানগা অনীগী মরক্তা খেন্নবা য়াম্না চাউনা লৈ। অদু ওইরবদি জীবগা ভগবানগা অনীসি অমতনি মান্নে হায়না করম্না হায়গদৌরি? জীবশিংবু পরমেশ্বর ভগবানগী পরা-শক্তিগী মখুং চনবনি হায়না ভগবদ্গীতাদা হায়রি। শক্তি অমসুং শক্তিমান্ (শক্তিগী থোরকফম) অনীগী মরক্তা তৎনথানদবা মরী লৈবনা মথোয় অনীসি খেন্দনসু লৈ। শক্তিগা শক্তিমান্গা নক্লবা মরী লৈবগুম্না জীবগা পরমেশ্বর ভগবানগা অনীসি খেন্নদে।

লৈবাক, ঈশীং, মৈ, নুংশিৎ, আকাশ, পুক্নীং, লৌশিং অমসুং অহঙ্কার অসি ভগবানগী হন্থবা শক্তি ওাক্তনি, অদুবু জীবদি হায়রিবা মখোয় ময়ামসিদগী পুমজোপ তোপ্পা থোইগৎপা শক্তিনি। মসি ভগবদগীতাগী বানি। ( ভ: গী: ৭।৪ )

"ভগবানগী দিব্য স্বরূপদি সচ্চিদানন্দনি। অদু ওইরবদি সংসারগী সত্ত্বগুণনা অসিগুম্বা শকতম অমা পুথোকপা ঙমগদৌরিবা? মরম অসিনা পরমেশ্বর ভগবানবু মশক মওং নাইদে হায়না হায়রিবা মীদু তশেংনমক অসুরনি অদুনা মহাক্তু শোক্ল-শম্নবা য়াদবনি; মশক ফাওবা য়েংহৈদে। মপোক মপোক খুদিংমক্তা মহাকপু যমরাজনা দণ্ডি তৌগনি।

"বৌদ্ধ ধর্ম্ম চৎপা কাওবুবু নাস্তিক কৌই মরমদি মখোয়না বেদবু ঈকাই খুম্নদে, অদুবু মথক্তা পনখিবা অদুগুম্না বেদবু চৎপা শাজিন্নরগা বেদগী বাবু ইন্দবা কাওবুদুনা বৌদ্ধ ধর্ম্ম চৎপা কাওবুদগী হেন্না শাথীবা হেল্লি।"

"শ্রীল ব্যাসদেবনা জীবশিংবু নুংশিবিদুনা বেদান্তসূত্রদা বেদগী জ্ঞান পূম্বা লেংশিনবিরম্মে। অদুবু কনাগুম্বনা মায়াবাদ সম্প্রদায়গী (শঙ্কর সম্প্রদায়না পীবা টিকা) টিকা পাক্তরবদি মহাক্তু আম্মাবু শক-খঙবগী লম্বীদগী শোয়দনা থৈদোকখিগনি।

"পরমেশ্বর ভগবানদগী জগৎকী সৃষ্টি পূম্বা থোকপনি হায়বসি বেদান্ত সূত্রগী অহৌবা হীরমনি। বাথলনা খঙবা ঙমদবা মাগী শক্তিনা পরমেশ্বর ভগবানদগী জগৎকী সৃষ্টি পূম্বসি থোরকপনি। জগৎ সৃষ্টিসি মঙোন্দগী থোরকপনি হায়বসিগী মতাঙদা স্পর্শ মণিগী (শোকউ শোকউবন্দা সনা ওনবা) খুদমসি পীবা য়াই। স্পর্শ মণিনা মানা শোকউ শোকউবা য়োংমথৈবু সনা ওন্থোকপা ঙম্মী, অদু ওইরবসু মাদি স্পর্শ মণি ওইনা অদুম লৈ। মতৌ অসুম্না পরমেশ্বর ভগবাননা মাগী মপাম্নাইদবা, খঙমদবা শক্তিনা শককোঙলিবা পূম্বসি পুথোকপা য়াই, অদু ওইরবসু মহাক্তি মপুঙ ফাই অমসুং হোংবা লৈতে। মহাক্তি পূর্ণ (মপুঙফাবা) ওই, অদুগা মশীঙ নাইদবা পূর্ণ কয়ামরুম মঙোন্দগী থোকরবসু মাদি অদুম পূর্ণ ওইন লৈহৌই।

মায়াবাদীশিংগী দর্শনগী বাফমদি পরমেশ্বর ভগবানদগী জগৎ সৃষ্টি তৌরকপনিনা মাগী মওংদা অহোংবা থরা লৈগনি হায়না হায়বসিনি। মসিনা অচুম্বা বা ওইরগদি ব্যাসদেবনা লাল্লে। মসিবু থৈদোক্তবগীদমক্তা মখোয়না মায়াগী বাফমসি য়াম্না হৈনা শিংনা পুশিল্লকই। অদুবু জগৎ নত্রগা শককোঙবা সৃষ্টি অসি অরানবা নত্তে, মসিদি মায়াবাদীশিংনা পীবা মতনি। মসিগী তুংকোইবা মতৌদু লৈতবগী বানি। তুংকোইনা লৈতবা পোৎ অমবু পুল্লপা মিথ্যানি হায়না কৌবা য়াদে। অদুনা পোৎ-চাক্লা শাবা হকচাঙসিবু মশানি (আত্মানি) হায়না হায়বা বাফমসি তশেংনা লাল্লে।

"বেদগী প্রণব (ওঁ) নত্রগা ওঁকার অসি বেদ মন্ত্রগী অহৌবনি। অসিগুম্বা শব্দ ব্রহ্ম অসি ভগবানগী রূপকা অমতনি। বেদ মন্ত্র পূম্নমকসি প্রণব ওঁকার অসিনা য়ুম্ফম ওইবনি। 'তত্ত্বমসি' হায়বসিদি বেদমন্ত্রগী হায়নবা বাহৈনি। মরম অসিনা মসি বেদগী অহানবা মন্ত্র নত্তে। শ্রীপাদ শঙ্করাচার্য্যনা ময়াম্না হায়নবা বাহৈ তত্ত্বমসি হায়বসিনা অহানবগী বেদগী মন্ত্র ওঁকার অসিদগী হেন্না কনশিন্না তাকই।

শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা বেদান্ত সূত্রগী মরমদা ঙাওলম্মী অমসুং মায়াবাদীশিংগী বাফমু ঙাকথোক্লম্মী। ভট্টাচার্য্যনা মশামক অমসুং মাগী মায়াবাদী দর্শনবু ন্যায় অমসু ব্যাকরণগী বাহৈ কয়া শীজিন্নদুনা ঙাকথোক্লবা হোৎনৈ অদুবু শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা মাগী শক্তি লৈরবা তর্কনা মাবু মায়থীবা পীখি।

জীব ওইবা ঐখোয়সি পরমেশ্বর ভগবানগা লোম্বা নাইদবা মরী লৈনৈ অমসুং ঐখোয়গী লৈনরিবা মরী অসিগী লোয়নবা মওংদি ভক্তি প্রেমগী সেবা তৌবা অসিনি হায়না মহাক্না অরেপ্পা ওইনা হায়রম্মী। অসিগুম্বা লোয়নবগী মরীসিগী পম্মুংদি প্রেমা হায়বদি ভগবৎ প্রেম ফংবা অসিনি। কনাগুম্বনা ঈশ্বরবু প্রেম তৌবা মতমদা অতৈ জীবশিংবু মুংশিবা হায়বদু মশানা অত্তুম ওইজরকই মরমদি পরমেশ্বর ভগবানদি জীব পুম্বগী অপুনবা শক্তমনি।

শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা হায়রম্মী মত্তুদি জীবগা ভগবানগা লৈনরিবা লেঙদবা মরী, মাগা লোয়ননা পীথোক পীথোক তৌনবা লোনচৎ অমসুং মাগী প্রেম ফংবা অসিগী তত্ত্ব অত্তুমসি নত্তনা অতৈ বেদদা তাক্লিবশিংসি হেনজিনবা অমসুং ভাবনা শাগৎপা ঙাক্তনি।

শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা মখা তানা হায়রম্মী মত্তুদি শ্রীপাদ শঙ্করাচার্য্যনা তম্বীরিবা মায়াবাদ দর্শন অসি বেদবু ভাবনা শাগৎতুনা ব্যাখ্যা তৌবনি, তৌবগীদি মাবু (শঙ্করাচার্য্যবু) মসি তম্বীয়ু হায়না পরমেশ্বর ভগবাননা থোদারকপনা ওম্বীবনি। পদ্ম পুরাণদা পরমেশ্বর ভগবাননা মীওইবা জাৎসি মঙোন্দগী (ঈশ্বরদগী) থৈদোক্তুনা পুথোকউ হায়না লাইশিংগী মরক্তা অথোইবা শিবদ' পাউতাক পীখি। মীওইবগী মশিং হেন্না হেন্না পুথোক্লবগীদমক্তা পরমেশ্বর ভগবানবু অস্তুম্মা কৃপশিন্দুনা থম্বা তাখি। শ্রীশিবনা দেবীদা হায়খি, "কলি যুগতা ঐনা ব্রাহ্মণগী মশক লৌরগা মায়াবাদ দর্শন হায়বদি শেংদবা বৌদ্ধধর্ম্ম প্রচার তৌগনি।"

শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা ঙাঙলক্লিবা রাফমশিংসি তারবা মতুঙদা ভট্টাচার্য্য পুমঙক ঙকখ্রে অমসুং মানা হায়রিবা রাফমশিংদু য়েৎপা রা মচেৎ অমতা ঙাঙদনা মাবু ঈকায়খুম্নবা উৎখি। মথঙদা শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা মসিদা ঙক্লিঙাই কররিসু লৈতে হায়রম্মী। "পরমেশ্বর ভগবানদা ভক্তি প্রেম সেবা তৌজবসি মীওইবগী পুন্সিগী অয়োবী পম্মুংনি হায়না ঐনা হায়রিবসি অচুম্বনি।" মত্তুদগীদি মানা শ্রীমদ্ভাগবতম্-দগী শ্লোক অমা লৌথোক্তুনা থীরকই অদুগা মঙোন্দা অরেপ্পা ওইনা তাবপীরম্মী মত্তুদি আত্মা অমসুং ঈশ্বরবু শকখঙনবা হোৎনবদা লুপ্লবা মুক্তাত্মাশিংসু পরমেশ্বর ভগবান শ্রীহরিগী ভক্তিপ্রেমগী সেবা তৌবসি থবক ওইনা পাযখৎলি মরমদি পরমেশ্বর ভগবাননা মুক্তাত্মাশিং ফাওবা য়াওনা চিংশিনবা ঙম্বা দিব্য শক্তিদু চেল্লি।

মথঙদা ভট্টাচার্য্যনা শ্রীমদ্ভাগবতম্‌দা (ভাঃ ১।৭।১০) য়াওবা আত্মারাম শ্লোকতুগী ব্যাখ্যাদু শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুদগী তাজগে হায়না হায়জরম্মী। শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা অহানবদা মাবু হায়রম্মী শ্লোকতুগী ব্যাখ্যা তৌ অদুগা মানা ( চৈতন্যনা ) কোন্না ব্যাখ্যা তৌগে হায়রম্মী। মত্তুদগীদি ভট্টাচার্য্যনা ন্যায় শাস্ত্রগা মরী লৈননা য়াম্না হৈশিংবা পণ্ডিতকী মওংদা শ্লোকতুগী ব্যাখ্যা তৌখি। মপুঙ ওইনা য্যায়না যুক্ষম ওইরগা শ্লোকসিগী অর্থ মাপল থোক্না ব্যাখ্যা তৌরম্মী মরমদি মহাক মতমত্তুগী অফাওবা ন্যায়গী শকখঙবা পণ্ডিতনি।

শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা ভট্টাচার্য্যগী ব্যাখ্যাদু তারবা মতুঙদা শ্লোক অত্তুগী মরমদা য়াম্না খঙহৈবা পণ্ডিতনা ঙাঙবগুম্না ঙাঙদুনা ব্যাখ্যা তৌবগীদমক্তা থাগৎলম্মী, অদুদগীদি ভট্টাচার্য্যনা হায়জবদগী ভট্টাচার্য্যনা ঙাঙখ্রিবা রাফম অদু শুকশোক শোক্তনা পুমতোন তোঙানবা মওং চুম্ফমরি থোক্না শ্লোক-তুগীব্যাখ্যা তৌরম্মী।

মহাপ্রভূগী মফমদগী আত্মারাম শ্লোক আসিগী ব্যাখ্যা তারবা মতুংদা, অমুক ফজনা শাস্ত্রগী বা পন্দুনা শ্লোকসিগী অর্থ তৌবা পৃথিবীদা পোকপা জীব অমতনা ঙম্লোই হায়বসি ভট্টাচার্য্যনা ভাব তারম্মী। মসিগী মমাংদা শ্রীগোপীনাথ আচার্য্যনা শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভু ঈশ্বরগী অবতারনি হায়বসি ভট্টাচার্য্যদা ভাব তাহল্লবা হোৎনরুবনি, অদুবু মতমদুদদি মাবু ঈশ্বরনি হায়না য়াবা ঙমখিদে। অদুবু শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভূগী মচিন্দগী শ্রীমদ্ভাগবতম্ অমসুং আত্মারাম শ্লোকী ব্যাখ্যা তারবা মতুংদা মহাক্না শ্রীচৈতন্যবু ভগবান শ্রীকৃষ্ণমক্নি হায়না শকখংদদুনা মাগী চরণদা অচৌবা অপরাধ অমা লংশিল্লকরে হায়না খনবা হৌরক্লম্মী। মমাংদা মানা খঙদদুনা চংখিবা লমচংকী মরমদা অমুতাপ তৌরদুনা মহাক্না মহাপ্রভূগী চরণদা চঙজখি। শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা ভট্টাচার্য্যবু চপচানা খৌজান-বিদুনা লৌশিনবিখি। মাগী মরম লৈতবা কৃপানা মহাপ্রভুনা অহানবদা ভট্টাচার্য্যগী মফমদা পাম্বোম মরী পানবা নারায়ণগী রূপ উংপিখি অদুগা অকোনবদনা খুত্তা বাঁসী পায়বা খুং অনী পানবা শ্রীকৃষ্ণগী রূপ উংপিখি।

ভট্টাচার্য্যনা খুদক্তা শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভূগী চরণদা তুজখি অদুগা মাগী কৃপাদগী শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভূগী মগুণ শৈখাবা শ্লোক কয়ামরুম লেংখি। মহাক্না মহাপ্রভুবু শৈখাবা শ্লোক চামরোম লেংখি। মহাপ্রভুনা মাবু চেৎনা কোনবিখি অমসুং মুংঙাইবনা থুমহৎখিবদগী ভট্টাচার্য্য জ্ঞান মাংখি। মিৎতা পী শিন্থবা, হকচাং থক থক নীকপা, নীংদোন চোংবা, হমাং শিন্থবা, পুক্নীং চরাংনবা, জগোই শাবা, ঈশৈ শকপা, কপ্পা অমসুং সমাহিগী লক্ষণ নিপালমক শুমা ভট্টাচার্য্যগী মশাদা উখোরকখি। শ্রীগোপীনাথনা মসি উবদা হরাওজখি অমসুং শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভূগী কৃপানা মাগী মবাইগী মফমদা অওনবা অমা লাকপসিদা ঙকখি।

শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভূগী মতীক মগুণ থাদুনা ভট্টাচার্য্যনা লেংখিবা শ্লোক ময়ামদুগী মমুংদা মখাগী শ্লোক অনী অসি য়াম্না মরু ওই অমসুং শ্লোক অনীসিদা মহাপ্রভুনা তৌগদৌরিবা থবক্কী মরম শম্না পল্লি।

> ১। বৈরাগ্য-বিদ্যা-নিজভক্তিযোগ শিক্ষার্থমেকঃ পুরুষঃ পুরাণঃ।
> শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যশরীরধারী কৃপাম্বুধির্যস্তমহং প্রপদ্যে॥
>
> ২। কালান্নষ্টং ভক্তিযোগং নিজং যঃ প্রাদুষ্কর্তুং কৃষ্ণচৈতন্যনামা।
> আবির্ভূতস্তস্য পদারবিন্দে গাঢ়ং গাঢ়ং লীয়তাং চিত্তভৃঙ্গঃ॥

১। ঐনা অসিগুম্বা পরমেশ্বর ভগবানগী শ্রীচরণদা চঙজরি, মহাক্না হৌজিক শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভূগী রূপ লৌবিদুনা অবতার তৌবিরে। মহাক্তি খৌজালগী ঈপাক্নি অমসুং মহাক্না বৈরাগ্য বিদ্যা অমসুং মঙোন্দা ভক্তিযোগ করম্না তৌগদগে হায়বদু তম্বীনবা লেংথরকপনি।

২। মতমগী কল্লবা ঈচেলদা মশাগী ভক্তিযোগনা মাংশিল্লকপা উরদুনা "কৃষ্ণচৈতন্য" হায়না কৌদুনা নৌহৌননা ভক্তিযোগ প্রচার তৌননবা লেংথরকপনি। মাগী শ্রীচরণ থম্বান্দা ঐগী পুক্নীং খোইমু অসি লুপতুনা লৈবা ওইরসনু।

শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা "মুক্তি" হায়বা বাহৈসি বিষ্ণু নত্রগা পরমেশ্বর ভগবানগা মান্নৈ হায়না শন্দোক্না তাক্লম্মী। মুক্তি কংবা নত্রগা সংসারগী অকা অপুন্নবসিদগী লাম্থোকপা হায়বগী অর্থদি পরমেশ্বর ভগবানগী মফমদা সেবা তৌজবা কংবা হায়রবনি।

মথওদা শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা খা ভারত পাংখিরম্মী অমসুং লম্বীদা থেংমরম্বা মীপুম খুদিংমক শ্রীকৃষ্ণগী মনাই ভক্ত ওইহল্লম্মী। অসুম্না ভক্ত ওল্লকপা কাওবুশিংনা অতৈবুসু ভক্তি প্রেমগী সেবাদা হায়বদি ভাগবত ধর্ম্মদা ওস্নোকহল্লম্মী। অসুম্না মহাক্না গোদাবরী তুরেল মপান্দা থুংখিরম্মী। মফমদুদা মহাক্না উরিষ্যা লৈবাক্কী নিংথৌ মহারাজ প্রতাপরুদ্রগী মহুৎশিনবা মাদ্রাজগী রাজ্যপাল শ্রীরামানন্দ রায়গা উনখি। মহাক্না রামানন্দ রায়গা শান্নখিবা বারী৩ ঈশ্বর তত্বগী অয়োৌবী থাক ওাক্তনি অদুগা মখোয় অনীগী বারী অসিনা লাইরিক অমা ওইরিবনি। মফমসিদা মখোয় অনীনা শান্নরিবা বারী২ শঙ্গপ্পা পীরি।

মপাম্বোংগী মিংয়েংদা রামানন্দ রায় হায়বসি ব্রাহ্মণদগী হেন্না নেম্বা অতোনবা কাওবুদা পোকপা ওইনা উজরবসু মহাক্তি আত্মাবু ফজনা শকথওলবা মীনি। মহাক সন্ন্যাসীসু নত্তে, অদুদসু নত্তনা মহাকসি লৈবাক্কী অচৌবা ফম পায়বা মীশক্নি। অদু ওইজরবসু মানা ঈশ্বর তত্বদু য়াম্না থাক বাংনা থওলম্বনা শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনদি মাবু মুক্তি ফংলবা মীশক অমনি হায়না লৌরম্মী। মতৌ অসুম্না শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা মুসলিমগী শাগৈদা পোকপা শ্রীহরিদাস ঠাকুর কৌবা অচৌবা ভক্ত অমবুসু লৌখৎলম্মী। অসিদা নত্তনা অতোপ অতোপ্পা শাগৈ কাঙলুপ কয়াদগী লাকপা অচৌবা ভক্ত কয়া কয়াসু লৈ। শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা লৌরিবদি মীদুনা তৌবা ভক্তি প্রেম সেবাগী থাক অদুনা লেপ্পনি। মহাক্না লৌরিবসি মী অমগী মপাম্বোংগী যিজোল অদুদা নত্তে; মানা য়াম্না লুনা খল্লিবদি মাগী আত্মা অমসুং মানা তৌবা থবক্তুনি। মরম অসিনা শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা পায়খৎলিবা প্রচারগী থবকশিংসি আধ্যাত্মিক (আত্মাগী থাক্তা) তৌরম্বনি অদুনা শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুগী নীতি নিয়ম নৎত্রগা ভাগবত ধর্ম্মগী নিয়ম অসিদি সংসারগী ওইবা থবক থৌরম, সমাজ, রাজনীতি, শেল থুমগী য়াইফবা নৎত্রগা পুন্সিগী করিগুম্বা হীরম অমভগা মরী কবিমতা লৈনদে। শ্রীমদ্ভাগবতম্ অসিদি ঐখোযগী আত্মাগী অশেওবা শক্তম ফোওদোকপনি।

শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা রামানন্দ রায়গা গোদাবরী তোর্ব্বান্দা উনবা মতমদা, মতমদুদা চৎনরম্বা বর্ণাশ্রম ধর্ম্মগী বাফম নৈনরম্মী। শ্রীরামানন্দ রায়না হায়বদি মীনা বর্ণ অমসুং আশ্রমগী তাক্লিবা নিয়মশিংসি ওাক্না চৎলবদি ঈশ্বরবু শকথওবা ওমগনি হায়রম্মী। মহাপ্রভুগী মত মতুং ইন্নদি বর্ণাশ্রম ধর্ম্মসিদি মপাম্বোংগীনি, ঈশ্বর খওবগী অবাংবা থাক্তু য়োনবা হোৎনবদা থোইনা পংকান কান্নরোই হায়রম্মী। পুন্সিগী খ্বাইদগী মপুঙ ফাবা থাক য়োবদি সংসারগী অপাম্বসিদগী লাপথোকপা অমসুং লাপথোকপদুগী চাং মতুং ইন্না ভক্তিপ্রেম সেবাগী লম্বীসিদা খুমাঙ চাওশিল্লক্লিবা মীদুবু পরমেশ্বরনা শকথওবা। মরম অসিনা জ্ঞান তানশিল্লুবগী মতোল লোম্বদি ভক্তিপ্রেম সেবা তৌবা অসিনি। পরমেশ্বর ভগবাননা সংসারদা লৈথা তারবা জীবশিংবু লানবীনবগীদমক্তা মখাগী পাউতাকসি পীবিখি। জীব পুম্নমকসিগী থোরকফম ওইরিবা পরমেশ্বর ভগবানবু মখোয় মখোয়গী মথৌ পাও-থোক্তুনা পূজা তৌগদবনি মরমদি ঐখোয়না হেক উরিবা খুদিংমকসি মাগী শক্তিদগী শন্দোরকপা ওাক্তনি। মসিনা মপুঙ ফানবগী অশেওবা লম্বীনি অমসুং অসিগুম্বা লম্বীসি হৌথিবা অমসুং হৌজিক লৈরিবা আচার্য্য পুম্বনা য়াররন্নবনি। বর্ণাশ্রম ধর্ম্মগী নিয়মসি য়ামত্রবদা থকশি থাশি অমসুং হৌন লোনচৎনা য়ুম্ফম ওইবনি। অদুনা মসিবু ওাক্না চৎলিবা মীগী মফমদা আত্মাবু শকথওবা থোইনা ওমদে, অদুনা মহাপ্রভুনা বাফমসিবু মপাম্বোংগীনি হায়দুনা ইস্নোকখি অমসুং রামানন্দ রায়দা হীরমদুদা মখা তানা চৎথনবগীদমক্তা তাকপিখি।

মথঙদা রামানন্দ রায়না থবক্কী মহৈ থাদোক্লুনা ভগবানদা কখোকপগী রাফম থাজৎলকখি। ভগবদগীতা (৯।২৭) তা মতাঙসিগা মরী লৈননা পল্লম্মী: "নঙনা তৌবা খুদিংমক, নঙনা চাবা খুদিংমক অমসুং মীঙোন্দা কখোকপা পুম্বা অদুগা নঙনা তৌবা তপস্যা খুদিংমক ঐঙোন্দা কৎপা ওইনা তৌ।" থবক তৌরিবা মীদুনা মাগী থবক পুম্নমক্কী মহৈ কখোকপা অসিনা শক্লাইদবা বর্ণাশ্রমগী নিয়মদগীদি থাক অমা রাংনা লৈরে হায়না পরমেশ্বর ভগবাননা তাকই, অদুবু মদু তৌরবসু জীবগা ভগবানগা অনীগী মরীদু তশেংনা তাকত্রি। মহাপ্রভুনা রাফমসিবুসু য়ারমদে অদুমা মথা তানা চথরক্লবা তাকপিখি।

মথঙদা রামানন্দ রায়না বর্ণাশ্রম ধর্ম্ম হুন্দোক্লম্লগা ভক্তিপ্রেম সেবা পায়খৎপগী রা পুখৎলকই। মহাপ্রভুনা রাফমসিসু য়াখিদে; মসিবু য়াখিদবগী মরমদি কনাগুম্বা অমনা মশাগী ফিভম অদু খুদক্তা খঙথাহেক থাদোকপা তৌরোইদবনি মরমদি মদুম তৌবনা তাল্লিবা পন্থুং অদু য়োৗবা ঙম্লোই।

সংসারগী রাখল পুম্বা থাদোক্লুনা মপুঙফানা আত্মাবু মশক খঙবা থাক য়োৗবা অসিনা জীবগী খ্বাইদগী অখোইবা পন্থুংনি হায়না রামানন্দ রায়না পুখৎলম্মী। শ্রীচৈতন্যনা মসিমসু লৌরমদে মরমদি অসিগুম্বা আত্মাবু শকখঙবা শাবগী নামাদা মথোঙ হুক্কবা মীওইশিংনা সমাজ কাঙখোং চ'ইহল্লি, মরম অসিনা খুদক্তা মসি ওইথোকপা য়ারোই। মথঙদা রায়না সাধুশিংগা সঙ্গ তৌজবা অমসুং মখোয়গী মফমদগী নোল্লুক্লা পরমেশ্বর ভগবানগী লীলাগী রারী তাজবা অসি পুখৎলকই। রাফমসি-বুদি শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা তরাম্না লৌশিনবিখি। রাফমসি ব্রহ্মাগী রাফম মতুংইন্না য়াখিবনি। ব্রহ্মানা পরমেশ্বর ভগবানবু অজিত হায়বদি কনাগুম্বা অমতনা মায়থীবা পীবা ঙমদবা নত্রগা মাগী মনাক্তা য়োৗবা ঙমদবা হায়না কৌরম্মী। অজিত ওইবা মাবু জিত ওইবা হায়বদি জয় তৌবা অসি পাম্বৈ অমথক্তনদি ঙম্মী, পাম্বৈসিদি য়াম্নসু চম্মী অদুগা লায়সু লায়। খ্বাইদগী লায়বা পাম্বৈদি কনা-গুম্বনা মশাবু ঈশ্বর ওইরে হায়না মঙক কন্না লাউথোকপসিবু থাদোকপসিনি। কনাগুম্বা অমনা য়াম্না নোল্লুক্পা অমসুং নোম্বনা চৎপা তমগদবনি অমসুং য়াম্না ইংতপ্না লৈদুনা ভাগবতগী পাউজেল নত্রগা পরমেশ্বর ভগবান অমসুং মাগী মনাইশিংগী মরমদা সাধু বৈষ্ণবশিংনা শৈথাদুনা ঙাঙলিবা রাফমশিংদু চেকশিন্না তাজগদবনি। অচৌবা মী অমগী মতীক মগুণ শীংথাবা হায়বসি জীবশিংগী হৌনশানি, অদুবু মখোয়না পরমেশ্বর ভগবানবু মতীক মগুণ থাগৎপা অদু তমহৌদে। পুন্সিগী মপুঙ ফাবদি ভক্তশিংগা লোয়নদুনা পরমেশ্বর ভগবানগী মতীক মগুণ শিংথাবসিনি। ★ আত্মাবু শকখঙলবা ভক্ত হায়বদুদি ঈশ্বরগী চরণদা মপুঙফানা চঙজরবা অমসুং সংসারগী চাওখৎপা অসিদা করিগুম্বা অপাম্বা অমত্তা পোক্তবা মহাক্নুনি। সংসারগী চাউখৎপা, ইন্দ্রিয় পেনবা অমসুং অসিগুম্বা লম্বী-সিদা খুমাঙ চাওশিনবা হাযবসি মীওইবা সমাজদা ঈশ্বরগী জ্ঞান লৈতবদগী তৌবা থবক ঙাক্তনি। ঈশ্বর অমসুং মাগী মনাই ভক্তশিংগী সঙ্গদগী লাপথোক্লবা সমাজ অমদা শান্তি অমসুং মরুপ মপাং ওইবা হায়বসি ওইথোক্তে। মরম অসিনা কনাগুম্বা অমনা অশেঙবা ভক্তগী সঙ্গ তৌনবা থিজৌ অমসুং মখোয়না ঙাঙবদু য়াম্না থাঙবা কন্না অমসুং নোল্লুক্লা তাজৌ হায়দুনা মীপুম খুদিংমক্তা কন্না তাকপিরি। কনাগুম্বা মী অমনা সমাজগী অনেম্বা নত্রগা অরাংবা পুন্সীগী থাক্তা লৈবদুনা আত্মাবু শকখঙনবা লম্বীদা অপনবা পীবা ঙমদে। তৌগদবা অমত্তা ঙায়বা থৌওংদি মুংতিগী চথবা থৌরম ওইনা আত্মাবু শকখঙলবা মী অমদগী চাংনাইনা তাজবসিনি। তম্বীরিবা ওজাদুনা আত্মাবু খঙলবা

★ ইসকোন লিংখৎলিবসি মসিগীদমক্তনি।

মমাঙগী আচার্য্যশিংনা তাকপীরম্বা পাউতাক মতুং ইন্না বেদ শাস্ত্রগী মরমদা বা ঙাঙবা য়াই। খ্বাইনা ভাগবত ধর্ম্ম হায়না খঙনবা আম্বাবু শকখঙবগী খ্বাইদগী লায়বা থোংসি শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা তাকপীরম্মী। মসিগী খ্বাইদগী মপুঙফাবা লমজিংদি শ্রীমদ্ভাগবতম্নি।

শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভু অমসুং শ্রীরামানন্দ রায় অনীনা নৈনশ্রিবা হীরমসিদা নত্তনা অসিগুম্বা মহাত্মা অনীসিনা ঙাঙনখিবা অরাংবা ঈশ্বরতত্ত্বগী বাফম কয়ামরুম লৈরি, অদুবু ঐথোয়না মতাঙসিদা পনজরোই হায়দুনা পনজন্রে মরমদি শ্রীরামানন্দ রায়গা মখাতানা শাস্ত্ররকপা বারীসি তাত্রিঙৈদা তাগদৌরিবা মীদু আম্বাবু শকখঙবগী থাক অমদা য়ৌবগী দরকার ওই। শ্রীল রামানন্দ রায়গা মহাপ্রভুগা মখাতানা শানবা বারীদু অতোপ্পা লাইরিক (শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুগী পাউতাক) অমা ওইনা পুথোকচরি।

মথোয় অনী উনবগী অরোইবা মতাঙদা, শ্রীরামানন্দ রায়গী মফমদা শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা সরকারগী থবক্তগী পোত্থারো অদুগা জগন্নাথ পুরীদা লাক্লগা মাগা লোয়ননা লৈমিন্নদুনা ঈশ্বর প্রেমগী রস মহাও তংমিন্নসি হায়না তাকপীরম্মী। মতম থরা লৈরগা শ্রীরামানন্দ রায় সরকারগী থবক্তগী পোত্থারে অমসুং নিংথৌদগী পেনসিন লৌরে। অদুদগীদি মাগী পুরীদা লৈবা ময়ুমদা হল্লক্লে অমসুং মফমদুদা মহাক শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুগী অচানবা মনাই ওইনা লৈখ্রে। পুরীদা শ্রীরামানন্দ রায়গুম্বা মহাপ্রভুগী অচানবা মনাই শিখি মাহিতি কৌবা অমসু লৈরম্মী। শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা পুরীদা লৈবা মাগী অচানবা মনাই অতম/মরিগা লোয়নদুনা ঈশ্বরতত্ত্বগী অচেৎপা বাফম কয়া খন্ন নৈনরম্মী। অসুম্না ঈশ্বরগী ভাবনাদা পুমলুপ লুপতুনা চহী ১৮ চুপ্পা লৈরম্মী। অচানবা মনাই মরিগী মনুঙদা অমা ওইরিবা শ্রীল দামোদর গোস্বামীনা শ্রীচৈতন্যনা তাকপিরম্বা বাফমশিংদু চেজন্দুনা থমহৌই।

শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা খা ভারতকী মফম পুম্বা শীনথুংনা প্রচার তৌদুনা কোয়রম্মী। মহারাষ্ট্র লৈবাকী সাধু তুকারাম কৌবা অচৌবা সাধু অমা শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা দীক্ষা তৌবিরম্মী। শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুদগী দীক্ষা লৌরবা মতুঙদা সাধু তুকারাম মহারাষ্ট্র লৈবাক শীনথুংনা সঙ্কীর্ত্তননা থুমহৎলম্মী। অদুনা হৌজিক ফাওবা খা ভারত্তা অদুগুম্বা সঙ্কীর্ত্তনগী ঈচেল অদু লেপ্তুনা চেন্থরি।

শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা খা ভারততগী ব্রহ্মসংহিতা অমসুং কৃষ্ণ কর্ণামৃত কৌবা খ্বাইদগী মরুওইবা শাস্ত্র অনীথক খোমগৎখি। অসিগুম্নবা তাঙলবা লাইরিক অনীসি ভক্তিপ্রেম সেবাগীদমক্তদি হৈনবা হোৎনদবা য়াত্রবনি। অসুম্না খা ভারত কোয়রুরবা মতুঙদা শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা জগন্নাথ পুরীদা হল্লকখি।

মানা পুরীদা হল্লকপসিনা লাংতক্লরবা ভক্তশিংগী মফমদা নৌনা থরায় হাপকৎপীরে, অমসুং মফমদুদা শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা অতৎ অথম লৈতনা দিব্য ভাবতা লুপতুনা লীলা শান্নবিখিরম্মী। খ্বাইদগী মরুওইবা থৌদোক্তি মহারাজ প্রতাপরুদ্রগী মফমদা মাগী দর্শন পীবিবা অসিনি। মহারাজ প্রতাপরুদ্র ভগবানগী অথোইবা ভক্ত ওইরম্মী অমসুং মশানা মন্দির শিংপা শেংবগী থবক শেন্নবা ঈশ্বরগী মনাইনি হায়না খঞরম্মী। নিংথৌগী নোল্লকপা পুকচেল অসি শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা য়াম্না বাংনা থাংগৎলম্মী। নিংথৌনা ভট্টাচার্য্য অমসুং রামানন্দ রায় অনীমক্তা শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুগা উননবা শীনবিয়ু হায়না হায়জখি। অদুবু অথোইবা মনাই অনীসিনা হায়জরবা ফাওবদা মহাপ্রভুনা মখোয়না হায়রিবদু শুকয়া য়ায়রোই হায়না কপ্থোক্লম্মী। মসি ভট্টাচার্য্য অমসুং রামানন্দ রায়গুম্বা মাগী অচানবা মনাইমক্তা হায়বদা য়াত্রবনি। শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা হায়রিবদি সন্ন্যাসী অমগীদমক্তদি

সংসারগী শেল থুমগী বাখলদা লুপ্পা মীগা মুপী লোয়নবসি খ্বাইদগী খুদোং থিনিংঙাইনি হায়রম্মী। মহাক্তি য়াম্না ফিদম্নিংঙাই ওইবা সন্ন্যাসীনি। মুপী অমতা মাবু খুরুম্বা ফাওবা চঙহন্দে। মুপীগী ফমফম য়াম্না থাপ্পা থমই; ফিদম্নিংঙাই ওইবা গুরু অমসুং আচার্য্য অমা ওইবনা মহাক্না সন্ন্যাসী অমগী নোংমগী তৌগদবা মথৌচু চেকশিন্না ঙাক্লম্মী। ঈশ্বরগী অবতার অমা ওইবতা মতুনা মহাক মী মরক্তসু ফিদম্নিংঙাই ওইরম্মী। অতৈ মীশিংগা লোয়নবগী মতাংদসু করিমতা চিংননিংঙাই ওইরমদে। মহাক্না আচার্য্য অমা ওইনা লৈবদা বজ্রদগীসু হেন্না কল্লী অদুগা গুলাপতগীসু হেন্না থোংলি। মনাই ছোট হরিদাস কৌবা অমনা নহা ওইবী মুপী অমগী মফমদা অপাম্বা পোক্না ম্লেংলুই। মহাপ্রভুনা জীবগী থম্মোইদা পরমাত্মা ওইনা লৈবনা ছোট হরিদাসকী পুক্নীংগী অশোযবদু খঙদোকখি অদুনা খুদক্তা মাবু মাগী সঙ্গদগী তাম্থোকখি অমসুং ছোট হরিদাসকী মরাল ঙাকপীযু হায়না হায়জরবা ফাওবদা মাবুদি শুকলৌ লৌথংপীখিদে। মহাপ্রভুগী সঙ্গ ফংদবদুদা ছোট হরিদাস মথক্তা আত্মাঘাট তৌদুনা শিজখি অদুগা মানা শিংখংগী পাউহু মাগী নাকোংদা য়ৌখি। মতমদুদা ফাওবা ছোট হরিদাসনা তৌখিবা মরালদু বাউথোকপীবা তৌখিদে। হরিদাস ফংফম থোকপা দণ্ডি চপ চানা ফংজবে হায়না মানা হায়রম্মী।

সন্ন্যাসী অমগী চংকদবা নিয়ম অমসুং মশাগী থকসি খাসি নাইবগী মতাংদা শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা করিমতা কোমথোকপা তৌরমদে মরম অসিনা নিংথৌচু অচৌবা ভক্তনি হায়বা খঙলবসু শেলথুম য়াওন্নদুনা লৈবা মীনি হাযবগীদমক মাবু উনৌ হায়বা যারমদে। অসিগুম্বা মাগী অথম্নবা শাজংসিনা ঈশ্বর নীংবা মীশিংনা চংকদবা চপচাবা শাজংদু মথামদগী তোপ তোপ্পী হায়বসি তাক্লিংলম্মী। ঈশ্বর নীংবা মী অমগী মফমদা মুপী অমসুং পৈশাগী দরকার লৈতে। অসিগুম্বসিগা নকশিন্ননা লোয়নবসিদগী থাপ্পা লৈরম্মী। অদুমকপু ভক্তশিংগী হৈশিংবা খুংশিন থৌরাংনা নিংথৌগী মফমদা কৃপা তৌবিখি। মসিনা তাকপদি ভগবানগী ভক্তশিংনা অনৌবা ভক্তশিংবু থৌজালবসি ভগবাননা থৌজানবদগী হেল্লি হায়বদু তাকপনি। মরম অসিনা অশেংবা ভক্তনা অতোপ্পা অশেংবা ভক্ত অমগী মফমদা কৈদৌউদসু অপরাধ তৌদে। ভগবানগী চরণদা লংজখিবা মরালদি থৌজাল হৈরবা ঈশ্বরনা করিগুম্বদা ঙাকপীবসু য়াওই; অদুবু ভক্তিপ্রেম সেবাগী লম্বীদা তশেংনা খুমাঙ চাওথংপা পাম্বা মীগীদমক্তদি অশেংবা ভক্ত অমগী মফমদা মরাল লংঙরুবা অসি য়াম্না খুদোং থিনিঙাইনি।

মহাপ্রভুনা পুরীদা লৈরিউদা ভক্ত লীশিং লীশিংনা জগন্নাথদেবগী রথ মতমদা মাগী দর্শন তৌবা হেক হেক লাকই। রথ চিংবা মতমদা মহাপ্রভুগী মীংয়েং চঙদুনা গুণ্ডিচা মন্দির শেংদোকপসি মপুঙ ওইবা থৌরম ওইরম্মী। মহাপ্রভুনা পুরীদা তৌরম্বা সংকীর্ত্তন অসিদি মীয়ামদা উংপা অঙকপা মেলানি। মীয়ামগী পুক্নীংবু ঈশ্বরগী মায়কৈরোমদা চিংশিন্নবগী লম্বীদি মদুনি। শ্রীচৈতন্যনা ময়াম পুন্না হৌদুনা সংকীর্ত্তন তৌবা অসি হৌদোকপীরম্বনি অমসুং লৈবাক্কী লুচিংবশিংনা অসিগুম্বা আধ্যাত্মিক আন্দোলন অসিগী খুদোংচাবা লৌরগা মীযামু অশেংবা শান্তি অমসুং চান্ন-চিন্ননা থম্বা ঙমগনি। মসি হৌজিক্কী পৃথিবীগী মীওইবা সমাজসিগী চঙদবা য়াদবা মচাক্নি।

মতম খরা লৈরগা শ্রীচৈতন্যনা অবাং ভারত-তা প্রচারগীদমক কোয়বা হৌরক্লম্মী। মহাক্না বৃন্দাবন অমসুং নক্লবা তীর্থশিং চংকে হায়না লেপখিরম্মী। মহাক্না ঝরিখণ্ড (মধ্য প্রদেশ) ফাওনা চংলক্লী অমসুং মদুদা জঙ্গলগী শা পুম্বা মাগী সংকীর্ত্তনদা য়াওরম্মী। লমলক্কী শা-কৈ, শামু,

শওম, শজী শণ্ডাই পুম্নমক মহাপ্রভুগা লোয়নন্থনা সংকীর্ত্তন তৌমিন্নরম্মী। মসিনা প্রমাণ তৌরিবদি সংকীর্ত্তন আন্দোলন শন্দোকপসি লমলক্কী শাশিং ফাওবা ইংনা অমস্তুং চাম্ন চিন্ননা হিংমিন্নবা ওম্মী হায়বগী প্রমাণনি; অদু ওইরগদি হেন্না চাওখৎলবনি হায়না লৌনরিবা মীওইবশিংগীদি করি অমুক হায়গনি? পৃথিবীসিদা পোকপা মী অমতনা সংকীর্ত্তনদা য়াও হায়বা য়ারোইদবা লৈতে। অদুগা সংকীর্ত্তন যজ্ঞ, অসি য়াওবদা শাগে জাৎ, কুচু নত্রগা জীব মথল খায়বগী বাস্তু লৈতে। মতাওসিদা মহাপ্রভুনা পাওথোক্কে খনবা থবক্কী মিৎমা উবা প্রমাণ লৈরে; মহাক্না লমলক্কী শা ফাওবা সংকীর্ত্তনদা য়াওহল্লি।

মহাক্না বৃন্দাবন্দগী হল্লকপদা প্রযাগতা ইহান হান্না থুংখি। মফমদুদা মানা শ্রীরূপ গোস্বামীগা মাগী মনাও অনুপমগা লোয়ননা উনখি। অদুদগী মানা বারাণসী তান্না লেংখি। থা অনীচুপ্পা মানা ঈশ্বর তত্ত্বগী মরমদা শ্রীসনাতন গোস্বামীদা পাউতাক পীখিরম্মী। শ্রীসনাতন গোস্বামীদা পীখিবা পাউতাকশিংসি য়াম্না শাংই অমস্তুং মসিবু লোয়না উৎপদু মফমসিদা ওইথোক্লরোই। মরুওইবা পাউতাকশিংদু মথাগী অসুম্না পীরিঃ

শ্রীসনাতন গোস্বামী (হান্নরা সাকর মল্লিক হায়না খঙনরম্বা) অসি নবাব হুশেন শাহনা বেঙ্গলদা পাল্লিঙৈদা মন্ত্রি ওইরম্বনি। মহাক্না শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুগী সঙ্গদা তিল্লগে হায়না লেপ্লদুনা সরকারগী থবক থাদোকখি। বৃন্দাবনদগী হল্লকপদা বারাণসীদা থুংবা কান্দা মহাক শ্রীতপন মিশ্র অমস্তুং চন্দ্রশেখর অনীগী অতিথি ওইনা লৈরম্মী: মথোয় অনীগী মতেঙ পাঙবনা মহারাষ্ট্রগী ব্রাহ্মণ অমনা ওইরম্মী। মতম অদুদা বারাণসী অসিদা শ্রীপাদ প্রকাশানন্দ সরস্বতী কৌবা অচৌবা মাযাবাদী সন্ন্যাসী অমনা মকোক ওইনা পুরম্মী। মহাপ্রভুনা বারাণসীদা লৈরিঙৈদা মীয়াম পুম্না নাম শোনবগী থৌওংসিনা শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুবু মীয়াম্না হেন্না পাম্নরবখি। মানা লেঙবা মফম খুদিংদা থোইদোক হেন্দোক্না বিশ্বনাথগী মন্দিরদা মী লীশিং লীশিংনা মাগী তুং ইল্লরম্মী। খরনা মাগী ফজবা শক্তম্না চিংশিনলম্মী অদুগা খরনা ঈশ্বরগী মতীক মগুণ থাদুনা শকপা শুমহৎপা ঈশৈনা চিংশিল্লম্মী।

মায়াবাদী সন্ন্যাসীশিংনা মশানা নারায়ণ হায়না কৌজে। বারাণসী অসি হৌজিকসু মায়াবাদী সন্ন্যাসীনা থম্না লৈরি। মানা সংকীর্ত্তন তৌবদা দর্শন ফংহৌবা খরনা মহাপ্রভুবু নারায়ণমক্নি হায়না খল্লম্মী। বাফমসি প্রকাশানন্দগী নাকোঙদা য়ৌখিরম্মী।

ভারততা মায়াবাদী কাঙবুগ। ভাগবত কাঙবুগ। অনীসিগী মরক্তা ক্রক ক্রক কম্না য়েংশিন্নদুনা তান্নবগী মওং অমা অদুম লৈ অদুনা মহাপ্রভুগী পাউসি প্রকাশানন্দগী নাক্তা য়ৌরকপদা মহাক বৈষ্ণব সন্ন্যাসী অমনি হাযবসি খঙখি অদুনা পাউ পুরকপা মীদুগী মমাঙদা মহাপ্রভুগী মগুণ হম্বনা ওাঙলম্মী। মহাক্না প্রভুগী সংকীর্ত্তন আন্দোলন প্রচার তৌবসিদা থীনা হুদ্দনা ওাঙলম্মী, মরমদি সংকীর্ত্তন তৌবা অসি, মাগী মত মতুংইন্ন দ ধর্ম্মদা পঙঙাও ওাওরুদুনা তৌবা নত্তনা অতৈ করিদু নত্তে হায়না হায়রম্মী। প্রকাশানন্দসি বেদান্তগী অফাওবা পণ্ডিতনি অদুনা মাগী তুংইনবশিংদা বেদান্ত নৈনবদা পুক্নীং চঙনবা অদুগা সংকীর্ত্তনদা চওলুদনবা পাউতাক পীখি।

মহাপ্রভুগী ভক্ত ওইরবা ব্রাহ্মণ অমনা প্রকাশানন্দনা প্রভুবু হুন্দুনা ওাঙবদু পাম্নমদে অদুনা মুংওাইতবা কোংদোক্লবা প্রভুগী নাক্তা চৎলম্মী। মহাক্না ঈশ্বরগী নাম প্রকাশানন্দগী মমাঙদা শোল্ল-বদা মহাক্না প্রভুবু থীনা হুন্দুনা ওাওই। তৌবগীদি মানা ওাঙবা মতমদা চৈতন্য হায়বা বাহৈনিবুদি

তোয়না তোয়না পল্লী হায়না তমলুরে। প্রকাশানন্দনা চৈতন্য হায়বা বাহৈসি তোয়না তোয়না পঞ্জরগস্থ কৃষ্ণ হায়বা বাহৈসি অমুক্তা ফাওবা খোম্বোক তৌহুনা হায়বা ঙমদবসি উবদা ব্রাহ্মণ অহু ঙকপনা থেংখি।

মোমোন নোক্লহুনা মহাপ্রভুনা ব্রাহ্মণ ভক্তহুগী মকমদা মায়াবাদীশিংনা কৃষ্ণ শোনবা খোক্তবগী মরম শন্দোক্না ঙাকপিখি। "মায়াবাদীশিংদি কৃষ্ণগী চরণদা মরাল লংজবা মীনি, তৌবগীদি মখোয়না ব্রহ্ম, আত্মা অমস্মুং চৈতন্য অসিগুম্বা বাহৈদি তোয়না পল্লী। মখোয়না শ্রীকৃষ্ণগী চরণদা অপরাধ তৌবদগী কৃষ্ণ হায়বা নামসি শোনবা ঙমদবনি।" কৃষ্ণ হায়বা নামসিগা পরমেশ্বর ভগবান শ্রীকৃষ্ণগা মশক অমতনি। পূমস্থপ থুম্না চুম্বা থাকু য়োঁওবদি নাম, রূপ নত্রগা মীশক অহুগী মরক্তা করিমতা খেন্নবা লৈতে মরমদি পূমস্থপ থুম্না থাক্তদি লোয়নমক আনন্দগী মশক্তি। পরমেশ্বর ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী হকচাঙগা আত্মাগা অনীগী মরক্তা খেন্নবা করিমতা লৈতে। মরম অসিনা মতম পূম্নমক্তা মপাম্বোংগী হকচাঙদগী তোঙান্দুনা লৈবা জীবশিংদগী মহাক্তি তোঙানবনি। ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা লৈরিবা দিব্য ওইবা ফিভম অসিনা মীচমশিংনা পরমেশ্বর ভগবান শ্রীকৃষ্ণ, মাগী নাম, মীংচৎ অসিনচিংবশিংসি খঙবদা বানা থোকই। মাগী নাম, রূপ, গুণ, লীলা অসিনচিংবশিংসি অমতনি, চপ মান্নে অহুগা মখোয়শিংসি সংসারগী ইন্দ্রিয়শিং শীজিন্নহুনা খঙবা ঙম্বা নত্তে।

"ব্রহ্মজ্যোতিবু শকখঙবা নত্রগা পরমেশ্বর ভগবানগা অমতা ওইনা তিনশিনবদগী ফংবা মুংঙাইবা অসিদগী পরমেশ্বর ভগবানগী লীলাগী বারী তাজবা অসিদগী ফংবা মুংঙাইবনা হেল্লি। করিগুম্বা হেল্লমদবা তারবদি হান্না ব্রহ্ম খঙবগী মুংঙাইবদা লুপতুনা লৈরবা ব্রহ্মবাদীশিংবু ভগবানগী লীলাগী বারীশিংহুনা চিংশিনবা ঙম্মোইদৌবনি।"

মসিগী মতুঙদা শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুগী ভক্তশিংনা শীন্দুনা মহাপ্রভু অমস্মুং প্রকাশানন্দ অনীমক অমস্মুং অতৈ সন্ন্যাসীশিং গুনা য়াওবা অচৌবা মীকম অমা তিন্নবা শীনখি। অসিগুম্বা মীকম অসিদা পণ্ডিত অনীমা (শ্রীচৈতন্য অমস্মুং প্রকাশানন্দ) সংকীর্তন আন্দোলনগী মতীক মগুণ কয়া খন্ন নৈনখি। খন্ন নৈনরিবা বাকমহু শমলপ্না মখাদা পীজরি :

মায়াবাদী সন্ন্যাসী প্রকাশানন্দনা শ্রীচৈতন্যগী মকমদা মানা বেদান্ত দর্শন নৈনবদগী সংকীর্তন আন্দোলন অসিনা হেন্না পামলিবসি করি মরমগীনো হায়না হংলম্মী। প্রকাশানন্দনা হায়বদি বেদান্ত সূত্র নৈনবসি সন্ন্যাসীশিংগী মথৌনি। করিগী মানা সংকীর্তন তৌবসিদা লুপ্লিবনো?

বাহংশিংগী পাউথুম শ্রীচৈতন্যনা নোল্লক্লা খুম্নকখি, "গুরুনা ঐ য়াম্না পঙবা মীনিনা বেদান্ত নৈনবদা খঙবা ঙম্মোই অহুনা হরিনাম শোল্লু হায়না তাকপীবদগী বেদান্ত নৈনবগী মহুত্তা হরিনাম শোল্লিবনি।" অস্নুম্না শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা কলি যুগ অসিদা পোকপা বেদান্ত নৈনবদা মতীক চাত্রবা অপঙবা ময়াম অসিগা মশাবু চাংদম্নহুনা উৎলি। অপঙবা মীওইশিংসিনা বেদান্ত নৈনবদা লুপ্লসিনা সমাজসিদা অকায়বা য়াম্না পীরে। প্রভুনা মখা তারকই, "ঐ য়াম্না পঙবনিনা গুরুদেবনা বেদান্ত নৈনবা য়াদে হায়দা থিংই। মানা ঐবু হরিনাম শোল্লু, মহুনা সংসারসিদগী লানবা ঙমগনি" হায়না তাকপীখি হায়রম্মী।

কলিযুগ অসিদা ঈশ্বরগী নাম শোনবা যজ্ঞ অসি নত্তনা অতৈ ধর্ম্ম অমত্তা লৈতে। মসি বেদশাস্ত্র পূমনক্না তাক্লরবা বাকম্নি। ঐগী গুরুদেবনা ঐঙোন্দা শ্লোক অমা তগী (বৃহন্নারদীয়) পুরাণ।

**হরের্নাম হরের্নাম হরের্নামৈব কেবলম্।**
**কলৌ নাস্ত্যেব নাস্ত্যেব নাস্ত্যেব গতিরন্যথা ॥**

"অদুনা গুরু য়াথং মতুংইন্না ঐনা হরিনাম মহামন্ত্র অসি শোল্লিবনি অমসুং হৌজিক ঐ নামসি শোন্নীংবগী অপাম্বনা ঙাওদুনা লৈরে। ঐনা নামসি হেক শোনবগা ইশানা ইশাবু কাউথোক-চরে, করিগুম্বদা ঐ নোকই, করিগুম্বদনা কপ্পী, অদুগা অঙাওবগুম জগোই শাই। নাম শোনবসিদগী ঐ ইশানা ঙাওরে হায়না খনজখি অদুনা গুরুগী মফমদা মসিগী মরমদা হংগৎলুরে। মদুদা মানা তাকপীরকপদি মদু নাম শোনবগী অশেঙবা ফলনি, নামসি শোনবনা কনাগুম্বা অমবু অসুম্না অঙাওবগুম চৎহল্লি অমসুং মদু য়াম্না তাঙনা থোকপনি হায়না হায়। মসি পুন্সিগী পম্মং ওইবা পান্দম ভাগবত প্রেম হায়বদু ফংবগী খুদম্নি। ভাগবত প্রেম অসি মোক্ষদগীসু হেল্লবনি অদুনা মসি মোক্ষগী মথক্তা লৈবা পঞ্চম পুরুষার্থ হায়বদুনি। শ্রীকৃষ্ণগী নাম শোনবসিনা কৃষ্ণপ্রেম ফংবা ঙম্মী অদুনা ঐদি হান্নমা কৃপাসি ফংজরবনিনা অফবা ওইজরে।"

শ্রীচৈতন্যগী মচিন্দগী বাফমসি তাবদা হরিনাম শোন্না শোন্না বেদান্ত নৈনবদা অকায়বা কন্নি লৈবগে হায়না খুংলম্মী। প্রকাশানন্দনা চৈতন্যদেবসি মবদ্বীপতা লৈরম্বা অফাওবা নিমাই পণ্ডিত হায়বদুনি অমসুং মানা য়াম্না পঙবা শারিবসি মরম লৈ হায়বা খঙলম্মী। সন্ন্যাসীসিগী বাহং তাবদা শ্রীচৈতন্যনা মোমোন নোক্লদুনা পাউখুম পীবকখিঃ "হে প্রভু, নঙনা বারৌবিরোই হায়রগদি বাহংদুগী পাউখুম পীজগে।"

মফমদুদা তিল্লম্বা সন্ন্যাসী পুম্বদুনা শ্রীচৈতন্যগী পূকচেল শেংবা মতৌদুদা য়াম্না পেল্লম্মী অদুনা মখোয ম৩ অমতা ওইনা মানা ঙাওলকপা অদুদা করিমতা বারৌজরোই হায়না ফোঙদোক্লম্মী। মথঙদা শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা মখা তারকইঃ

"বেদান্তসূত্র হাযবসি ভগবানগী শ্রীমুখদগী থোক্লকপা বানি। মরম অসিনা বেদান্তদা মীওইবগী অশোযবা ভ্রম, প্রমাদ, বিপ্রলিপ্সা অমসুং করণাপাটব হাযবা অসি অমতা য়াওদে। উপনিষদ্গী পাউতাকশিংদু বেদান্তসূত্রদা ফোংদোকই, অদুদা হায়রিবা পুম্নমকসি তশেংনা থাগৎনীংঙাই ওই। শঙ্করাচার্য্যনা হল্লিবা অর্থ অদু সূত্রগী অশেঙবা অর্থদুগা মন্নী লৈনদে মরম অসিনা অসিগুম্বা টিকানা সূত্রগী ফজবা পুম্নমক মাঙহল্লে।

ব্রহ্ম হায়বা বাহৈসি খ্বাইদগী চাউবা হায়বনি, হায়বদি ব্রহ্মগী অর্থদি ঐশ্বর্য্য পুম্বনা থনবা, খ্বাইদগী পুমহেন হেনবঃ হায়বনি। ব্রহ্ম হায়বসিদি পরমেশ্বর ভগবাননি অদুবু নাকোইনবা ব্যাখ্যানা মাবু কৃপশিন্দুনা মশক মওং নাইদবা ওইনা পুথোক্লে। আধ্যাত্মিক ধামদা লৈরিবা পুম্বা হায়বদি ভগবানগী নাম, রূপ, ধাম, পরিকর পুম্নমক আনন্দগী মশক ঙাক্তনি। লৈরিবা পুম্বা জ্ঞান অমসুং মুংঙাইবনা থল্লি। আচার্য্য শঙ্করনা বেদান্তবু অসুম হায়না ব্যাখ্যা তৌরম্বসি মাগী দোষ নত্তে, অদুবু কনাগুম্বনা মাগী ব্যাখ্যা ইল্লগদি মহাক্কু পুমমাঙ মাঙজরমনি। পরমেশ্বর ভগবানগী দিব্য ওইবা হকচাঙবু পোৎচাকী জগৎসিগীগুম্বনি হায়না লৌরিবা মহাক্কু খ্বাইদগী চাউরবা মরাল লংশিনজরবনি।"

শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা জগন্নাথ পুরীদা ভট্টাচার্য্যগী মফমদা ঙাওখিবা অদুগুম্না সন্ন্যাসীশিংগী মফমদা ঙাওখি অমসুং শাস্ত্রগী বাকম কয়া পুথোক্লুনা কন্না য়েৎপদগী মায়াবাদীশিংনা পীরিবা বেদান্তসূত্রগী টিকা অদু মহী ময়াই চমহল্লম্মী। মফমদুদা তিল্লিবা সন্ন্যাসীশিংহুনা মহাপ্রভুসি

তশেংনমক বেদমূর্ত্তিনি অমসুং নারায়ণমক্কি হায়না হায়নরম্মী। সন্ন্যাসী পুম্নমক্তুসু ভক্তিগী লম্বী-রোমদা লোয়না ওনশিল্লক্তুনা শ্রীকৃষ্ণগী নাম শোল্লম্মী। মহাপ্রভুবু মখোয়গী মরক্তা পুশিনহুনা পুম্না চামিন থকমিন্নরম্মী। সন্ন্যাসীশিংসি ভক্তিরোমদা ওনশিল্লবা মতুংদগীদি শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুবু মীয়াম্না য়াবা অমুক হেন্না হেনগৎলক্লে অমসুং মী লীশিং লীশিংনা লাক্তুনা দর্শন তৌরয়ে। অসুম্না প্রভুনা শ্রীমদ্ভাগবত ধর্ম্মগী মপুঙ ওইবা নিয়মছু শেমগৎলে অমসুং আত্মাবু শকখঙনবগী অতৈ পাম্বৈ পুম্নমক্তু নমথরে। অসিগী মতুংদগীদি বারাণসীদা লৈবা মীপুম খুদিংমক সংকীর্ত্তনগী ঈহৌসিদা পুমল্লুপ লুপখ্রে।

মহাপ্রভুনা বারাণসীদা লৈরিঙৈদা সনাতন গোস্বামীসু সরকারগী থবক থাদোক্লম্লগা মকমহুদা থুংলারে। বেঙ্গলদা মতমহুদা নবাব হুশেন শাহগী শাসন মখাদা মহাক মন্ত্রি ওইরম্বনি। নবাবনা মহাকপু থাদোক্লীংদবদগী মানা থবক থাদোকপদ অয়াবা কয়া মংখি। অহুম ওইনমক মহাক বারাণসীদা লাক্লম্মী অমসুং শ্রীচৈতন্যদেবনা মঙোন্দা ভক্তিপ্রেমগী মরমদা তাকপীরম্মী। মঙোন্দা জীবগী অশেঙবা শক্তম, সংসারসিদা অফা অপুন্নবগী মরম, পরমেশ্বর ভগবানগা জীবপা লৈনবা মরী, পরমেশ্বর ভগবাননা লৈরিবা সংসার বাংমা লানবা ফিভম, তোঙান তোঙানবা বৈকুণ্ঠ ধামশিংদা শন্দোকপা মাগী অবতারগী শক্তম, জগৎ ব্রহ্মাণ্ডগী মকম খুদিংমকপু ঙাকশেল্লিবগী মওং, মাগী ধামগী মওং মতৌ, ভক্তিপ্রেম সেবাগী থবক, মখোয়না লৌরকপা তোঙান তোঙানবা থাক, আত্মাবু শক খঙবগী থাক য়েৌরক্নবা ঙাক্লবা নিয়ম, তোঙান তোঙানবা যুগকী অবতারগী লক্ষণ অমসুং শাস্ত্রগী রাফম মতুং ইন্না অবতারশিংসি মশক খঙদোক্লবগী মওং অসিনচিংবসি শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা মাচা থায়না তাকপীখি।

শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা সনাতন গোস্বামীদা পীখিবা পাউতাকশিংসিনা শ্রীচৈতন্যচরিতামৃতগী অচৌবা অধ্যায় অমা ওইরি অমসুং মসিবু কৃপা নৈনবা তারবদি মসিথক্তনা লাইরিক অমা ওইগনি। মসি শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুগী পাউতাক কৌবা লাইরিক্তুদা কৃপা নৈনরি।

মথুরাদা লৈরিঙৈদা প্রভুনা মরুওইবা তীর্থ পুম্বা দর্শন তৌরম্মী অহুদগীদি বৃন্দাবনদা থুংলম্মী। শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুসি ব্রাহ্মণগী অবাংবা শাগৈদা পোকপনি, অহুগীসু মথক্তা সন্ন্যাসীনিনা বর্ণ অমসুং আশ্রম পুম্নমক্কী গুরুনি। অহুবু মহাক্না বৈষ্ণব কাঙলুপ খুদিংগী ময়ুমদা প্রসাদ খুল্লম্মী। মথুরাদা সনোড়িয়া ব্রাহ্মণশিংসি অত্তোনবা শাগৈনি হায়না লৌনৈ অহুবু মহাপ্রভুনা অসিগুম্বা ব্রাহ্মণগী ময়ুম-দগীসু প্রসাদ খুল্লম্মী মরমদি য়ুম্বুহু মাধবেন্দ্র পুরীগী শাগৈগী শিষ্য ওইরম্মী।

বৃন্দাবন্দা শ্রীচৈতন্যনা মরুওইবা ঘাট কুনমরিদা স্নান তৌরম্মী। মহাক্না বৃন্দাবনগী মরুওইবা বন তরানিথোই পরিক্রমা তৌরম্মী। অসিগুম্বা বনশিংসিদা লৈরম্বা শা উচেকশিংনা মাবু থায়নগী মরুপ অমা উনবগুম তরাম তরাম্না ওক্লম্মী। বনহুদা হৌরম্বা ঊপালশিংবু মানা কোনজরম্মী অমসুং দিব্য ভাবতা লুপলম্মী। করিগুম্বদা জ্ঞান মাঙহুনা তুই অহুগা শ্রীকৃষ্ণ নাম শোনবা তাহল্লগা জ্ঞান হেক হেক তাহল্লি। বৃন্দাবনগী মনুঙদা লৈবা বনশিংদা কোয়না চৎপা মতমদা মাগী হকচাঙগী ঊংলক্লিবা প্রেমভক্তিগী বিকার অহু তোপ তোপ্পনি অমসুং কোঙদোকপা ঙম্বা নত্তে। ঐখোয়না অশম্বা বারোলহুদং কোঙদোকপনি।

শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা পরিক্রমা তৌথিবা বৃন্দাবনগী মরুওইবা মফমশিংদু কাম্যবন, আদীশ্বর, পাবন সরবোর, খদিরবন, শেষশায়ী, খেলতীর্থ, ভাণ্ডীরবন, ভদ্রবন, শ্রীবন, লৌহবন, মহাবন, গোকুল কালিয় হ্রদ, দ্বাদশাদিত্য, কেশী তীর্থ অসিনচিংবসিনি। শ্রীকৃষ্ণনা রাস লীলা শান্নরম্বা মফমদু উরুবদা প্রেমভাবতা লুপখিদুনা জ্ঞান মাঙদুনা ভাখি। মহাক্না বৃন্দাবন্দা হেক লৈম্নিমখৈদি অক্রুরঘাটতা লেঙদনা লৈরম্মী।

মাগী মনাই কৃষ্ণদাস বিপ্রনা মাঘ মেলাগী মতমদা প্রযাগতা স্নান তৌবা লেংলুসি হায়না শ্রীচৈতন্যদা হঙ্গৎচখি। প্রভুনা রাকমসি য়াবিখি অমসুং প্রযাগ তম্না খোঙশানখি। লম্বীদা মখোয়না পঠান কয়ামরুমগা থেংনখি। মখোয়গী মরক্তা মুসলমানগী শাস্ত্র খঙবা মৌলানা অমা য়াওরম্মী। মহাপ্রভুনা মৌলানা অমসুং মাগী কাঙবুগা ধর্ম শাস্ত্রগী মরমদা খন্না নৈনখি, অমসুং কোরানদসু ভাগবত ধর্ম অমসুং কৃষ্ণগী মরমদা তাকপা রাকম কয়া য়াওই হায়না ভাকুমা মৌলানা অহুবু ভাব তাহনখি। পঠান কাঙবু লোয়নমক ভক্তিগী লম্বীরোমদা পুশিল্লকুম্মী।

মহাক্না প্রযাগতগী হল্লকপদা শ্রীরূপ গোস্বামী অমসুং মাগী মনাও অতোনবগা লোয়ননা বিন্দুমাধব মন্দিরদা উনখি। হন্দক্তি প্রযাগকী মীশিংনা মহাপ্রভুবু হেন্না ইকাইখুম্ননা তরাম তরাম্না ওক্লম্মী। তুরেলগী অতোপ্পা তোর্কবান্দা লৈবা আড়াইল খুলগী বল্লভ ভট্ট কৌবা মুপা অমনা মহাপ্রভুবু মাগী মযুমদা পুননবা ওকপা লাক্লম্মী। অদুবু মাগী মযুমদা চৎপা কান্দা শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা যমুনা তুরেন্দা চোংথখিরম্মী। য়াম্না রানা বল্লভ ভট্টনা শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুবু জ্ঞান মাঙবা ফিভমদা ঈশীংদগী পুথৎ-লকখি অমসুং মযুমদা পুরকখি। বল্লভ ভট্ট অসি শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুগী তুংইনবা অচানবা মনাইশিংগী মরক্তা অমনি অদুবু কোম্না মানা মশাগী বল্লভ সম্প্রদায় কৌবা কাঙলুপ অমা শেমগৎখি।

প্রযাগকী দ্বাদশমেধঘাটকী তোর্কবান্দা শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা শ্রীরূপ গোস্বামীগী মফমদা নুমিৎ ১০নি চুপ্পা কৃষ্ণভক্তি তত্বগী মরমদা পাউতাক পীরম্মী। মহাক্না গোস্বামীসিদা জীবগী কাঙলুপ মথল ৮,৪০০,০০০ থোক্না খায়দোক্কনা তাকপীরম্মী। মথঙদা মহাক্না মীওইবা কাঙলুপকী মরমদা তাকপীথি। মখোযগী মরক্তা বেদগী রা ভাক্না চৎপা কাঙবু অসিনা খ্বাইদগী ফবনি। মখোয়সিবু ধর্ম চৎপা কাঙবু কৌই অদুগা অসিগুম্বা ধর্ম চৎপা কাঙবুশিংগী মরক্তা অয়াম্বদি থবকী মহৈ পাম্বা মীতানি। অসিগুম্বা থবকী মহৈ পাম্বা মীতাশিংগী মরক্তা জ্ঞানী ওইবা মানা অমুক হেন্নি। জ্ঞানীশিংদুগী মরক্তা অমুক মুক্তি ফংবা মী মশীং পংয়াম ল্লামদে। অসিগুম্বা মুক্তি ফংবা মী লীশিং লীশিং কয়াগী মরক্তা কৃষ্ণভক্ত ওইবা মী অমা তাংনা ফংই।

শ্রীল রূপ গোস্বামীদি শ্রীল সনাতন গোস্বামীগী মনাওনি অদুগা মানা সরকারগী থবক্কগী পোথাবা মতমদা সনা মোহর হিজাও অনী পুরক্লম্মী। মসিনা তাকপদি য়াম্না কম্না হোৎনদুনা সনা লুপা লীশিং লক্ষা কয়া তাল্লম্মী হায়বনি। শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুগী সঙ্গদা তিস্রিরৈঙী মমাঙদা মানা ভাল্লুরিবা শেলফমদু মথাগী অসুম্না য়েস্থোক্লম্মী। তখাই অমা ভগবান অমসুং মাগী মনাইশিংগী সেবাদা, মশুং অমনা মাগী মরীমতাশিংদা অদুগা মশুং অমনা মশাগী খুদকী তঙাইফদবা তৌদবা য়াদবা মতাঙদা শীজিন্ননবা থনম্মী। অসুম তৌনা গৃহস্থদা লৈবা মীশিংগীদমক করম্না তাল্লুরিবা শেলফমদু শীজিন্নগদগে হায়বদু মানা তাকপীরম্মী।

শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা রূপ গোস্বামীগী মফমদা ভক্তিপ্রেম সেবা অসি উরী অমগা চাংদম্নরম্মী অমসুং ভক্তিগী উরী (ভক্তিলতা) অসিবু অশেঙবা ভক্তশিংগী চরণদা লংজবা অঙাওবা শামুগী অপরাধ হায়না কৌবা তমথীরবা অপরাধ অসিদগী য়াম্না চেকশিন্না ঙাকথোক্লবা পাউতাক পীরম্মী।

অসিদসু নত্তনা ভক্তিলতা অসি ইন্দ্রিয় মুংঙাইনবগী অপাম্বা, ঈশ্বরদা তিনশিন্দুনা মাঙবগী অপাম্বা অমসুং হঠযোগগী সিদ্ধি ফংনীংবগী অপাম্বশিংসিদগীসু চেকশিন্না ঙাকথোকপা তাই। হায়রিবশিংসি ভক্তিগী লম্বীদা মাঙতাক্লীংঙাই ওইবা মচাক ঙাক্তনি। মতৌ অসুম্না, জীব হিংসা তৌবা, সংসারগী শেল পুমগী তোংজবা ফংবা সংসারগী, মীংচৎ অমসুং সম্মান পুম্বসিসু ভক্তি প্রেম সেবা লম্বীদা নত্রগা ভাগবত ধর্ম্মগী লম্বীদা মাঙতাক্লীংঙাই ওইবা ঙাক্তনি।

অশেঙবা ভক্তিপ্রেম সেবাদি ইন্দ্রিয় পেনবগী অপাম্বা, মহৈ চাবা থবক তৌনীংবা অমসুং জ্ঞান নৈনবগী অপাম্বা অসিদগী পুমকোক কোকপা ওইগদবনি। সংসারগী ওইবা মিংথোল (উপাধি) অমতা মশাদা পক্লোইদবনি, অসুম্না পুমশেঙ শেংবা থাক্তা য়োৗরবা কান্দা পরমেশ্বর ভগবানবু শেংদোক্লবা ইন্দ্রিয়শিংগী মপাম্না সেবা তৌজবা ঙমগনি।

কনাগুম্বনা ইন্দ্রিয়গী মুংঙাইনীংবগী অপাম্বা, পুমথোই থোইবা মাগা অমতা ওইনীংবগী অপাম্বা অমসুং যোগ সিদ্ধি ফংনীংবগী অপাম্বা অসি হেক লৈরিবমখৈদি পুমশেঙ শেংবা ভক্তিপ্রেমগী সেবা ফংবগী য়া শুকলৈ লৈতে।

ভক্তি প্রেম সেবা তৌবদা থাক অনী থোক্লা তৌই মতুদি অহৌবগী সাধনা অমসুং মশা মতোমতনা পোকচরকপা অনুরাগ। কনাগুম্বনা সাধন ভক্তি অসি তৌরগা রাগানুগাগী থাক য়োৗবা মতমদা মঙোন্দা মথা তানা ভগবানগী মফমদা রতি, রাগ, অনুরাগ, ভাব অমসুং খ্বাইদগী য়াংবদা মহাভাব অসুম্না মথঙ মথঙ কাখৎলকই। ভগবদ্ভক্তিগী বিজ্ঞানসিগী মরমদা শ্রীলরূপ গোস্বামীনা মাগী ভক্তিরসামৃত সিন্ধু কৌবা লাইরিক্তুদা মাচা খায়না তাক্লি:

সংসার য়াংমা লানবা ভক্তিপ্রেমগী সেবা থাক মঙা থোক্লি লৈ:

১ | সংসারগী অফা অপুন্নবা পুন্সিসিদগী হেক লাম্থোকপা মুক্তি ফংবা থাক অতুদা আত্মাগী শক্তম থঙজরকপগী মতাংঙতু শান্ত রস কৌই।

২ | মথঙদা পরমেশ্বর ভগবানগী অন্তরঙ্গ ওইবা ঐশ্বর্য্যশিং মশক থঙবগী জ্ঞান লাকপা মতমদা ভক্ততুনা দাস্য ভাবতা লৈতুনা ভগবানগী সেবা তৌজে।

৩ | দাস্যভাব অসি মথা তানা চথরকপদগী ভগবানগা মরূপ মপাং ওইনা য়াম্না নকুনা তিন্নবগী মতাং অমা ওইরকই অতুগা ভগবানগা মহাক্না চপ মান্নবা ওইবগী য়াথল লৈরকই। মতাং অনীমকসি সখ্য রসতা লৈবা কৌই।

৪ | মসিগী মথক্তা মমা মপানা মচাবু মুংশিজনা তৌবগী মঙংতু লাকই। মসিবু বাৎসল্য রস কৌই।

৫ | মসিগী মথক্তা মুংশিবা অমগা মুংশিবা অমগা লৈনবা মরীতু লাকই। মসি খ্বাইদগী য়াংবা ঈশ্বরপ্রেমগী থাক্লি, তৌবগীদি মথক্তা তাকপ্রিবা রস মরি অসিগা গুণলোমদা খেন্নবা লৈতে। অসিগুম্বা মুংশিনবগী অয়োৗবী থাক অসিবু মাধূর্য্য রস কৌই।

মতৌ অসুম্না শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা রূপ গোস্বামীগী মফমদা ভক্তিপ্রেম সেবাগী মরমুদা পাউত্তাক পীরম্মী অমসুং বৃন্দাবনদা শ্রীকৃষ্ণনা লীলা শান্নরম্বা মাঙপ্রবা মফমশিং পুথোক্লবগী থবক মঙোনদা শিন্নখি। মসিগী মতুংদা মহাপ্রভুনা বারাণসীদা হল্লক্লম্মী অমসুং সন্ন্যাসীশিংবু লানবিরম্মী অমসুং রূপ গোস্বামীগী ময়াম্ববু কৃষ্ণতত্ত্বগী মরম তাকপীরম্মী। মতাংঙসি ঐখোয়না হান্নবা নৈনবদা য়াঙগ্রে।

শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা মাগী পাউতাকশিংতু শিক্ষাষ্টকম্ কৌবা শ্লোক নিপালথক্তগী মমুংদা হাপচিন্দুনা ইবিরম্মী। মাগী পাউতাকশিংগী লাইরিক অয়াম্বদি মাগী তুংইনবা ভক্ত বৃন্দাবনগী গোস্বামী তরুক অমসুং মথোয়গী তুংইনবশিংনা য়াম্না পাকশন্না ইরম্বা ঙাক্তনি। শ্রীচৈতন্য

মহাপ্রভুগী তত্ত্বদর্শনদি অতৈ থ্বাই পুম্বদগী পুমহেন হেনবনি অমসুং পৃথিবীগী মফম পুম্বদা শন্দোকপা ঙম্বগী শক্তি চেনবা যুগসিগী অথোইবা ধর্ম্মনি। শ্রীল ভক্তিসিদ্ধান্ত সরস্বতী ঠাকুর অমসুং মাগী তুংইনবা থবায় য়াওবা সাধুশিংনা ধর্ম্মসি পৃথিবী পুম্বা শন্দোকপগী থবক পায়থৎপা অসিদা ঐথোয় য়াম্না মুংঙাইবা পোকচৈ। ঐখোয়না পৃথিবীগী মীপুম খুদিংমক্না শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা হোৌদোক্লম্বা ভাগবত ধর্ম্ম নৎত্রগা প্রেম ধর্ম্ম অসি চপ মান্নবা লৌনরক্তুনা পৃথিবী শীনথুংনা ইংনা চীক্লা অমসুং চাম্ন চিম্নবা হিংমিন্নহুনা লেনবা মুংঙাইবা মতম অহু থোৗরাংনা ঙাইরি।

শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা থম্বীরম্বা শ্লোক নিপালহুগী অর্থ মথাদা পীজরি :

১। থম্মোই মিংশেলবু শেংদোকপীরিবা, অতৎ অথম লৈতনা চাক্লিবা সংসারগী মৈবু মুত্থৎ-পীরিবা, জীবশিংদা মঙ্গলগী মশক ওইবা থাবলগী মঙাল যেনবিরিবা, জ্ঞানগী অশেঙবা শক্তম ওইরিবা, নুংঙাইবগী ঈপাক্তা ঈনোৎ হাপ্পীরিবা, খোঙফম খোঙফম খুদিংমক্তা মপুঙফাবা অমৃতগী মহাও তংহল্লিবা, জীব পুম্ববু শেংদোকপিরিবা শ্রীকৃষ্ণ সংকীর্ত্তননা জয় ওইরে।

২। হে ভগবান, নঙগী নাম শোঞ্জবনা জীবশিংগী মফমদা য়াইযবা পুম্বা পীনবিরি। অহুগা নঙগী কৃষ্ণ, গোবিন্দ অসিনচিংবা নাম কযা লৈ। অসিগুম্বা নামশিংসিদা নঙগী শক্তি পূম্নমক হাপ্পীরি অমসুং নামশিংসি শোনবগী মফম মতমগী অকক্লবা নিযম অমতা লৈতে। হে প্রভু, জীব-শিংবু থৌজানবিবনা নঙগী নাম শোনজবসিনা তাঙলবা শ্রীচরণবু লায়না ফংবা ঙমহল্লী অহুবু লাইরক থীবনা নবাইদি নঙগী নাম শোন্নীংবগী অপাম্বা পোক্তরে।

৩। ঈশ্বরগী নাম শোনবদা নাপীদগী হেন্না তোম্না থনবা, উপালদগী হেন্না থাঙবা কনবা অহুগা মশাবু মীনা ঈকাইখুম্নবিরকপা পামদনা অতৈবুদি ঈকায় খুম্নবা উৎকদবনি। অম্সুম্না তৌবা মীতনা মতম পুম্বদা হরিনাম শোনজবা ঙমগনি।

৪। হে জগদীশ, ঐ লনথুম খোমজিনবা পামজদে, ফজবী নুপীসু পামজদে, তুংইনবা ইনাই ইশন লৈবসু পামজদে। ঐনা পামজবদি মপোক মপোক খুদিংমক্তা নঙবু মরম লৈতনা সেবা তৌজবা অসিত্তনি।

৫। হে নন্দগী মপারি কৃষ্ণ, ঐদি নঙগী লেঙদবা ননাই ওইরবসু পোকপা শিবা সংসারগী ঈপাকসিদা তাররে। চানবীহুনা ননাইবু ঈপাকসিদগী লৌথৎপীরগা নখুয়াদা উফুল মরীক অমা ওইনা থম্বীরো।

৬। হে ইবুংঙো, করম্বা কান্দা নঙগী নাম শোঞ্জবদা মীৎলু অনীমক্তা প্রেমগী ঈরা শীম্বরগবা? করম্বা কান্দা ঝা ঙাঙথোকপা ঙমদনা ফুংগৎলগবা অমসুং নঙগী নাম শোঞ্জবদা তুজুংলগবা?

৭। হে গোবিন্দ, নঙবু উদবদা মিংকুপ অমসি যুগ অমগুম্না শাংনা থনপ্রে। মিৎলু অনীদা প্রেমগী ঈরানা ইঙাগী নোংলেনগুম শীম্বরক্লি অমসুং নঙবু উদবদা জগৎ পুম্বসি পুমহাঙ হাঙবগুম উরে।

৮। ঐনা কৃষ্ণ নত্তনা কনামতবু ঐগী ইবুংঙোনি থন্দে, অহুগা মানা ঐবু কোনবিহুনা থীনা লাক্লরবসু নৎত্রগা ইমাঙদা থোকপিবক্তহুনা ঐগী থম্মোয়বু কায়হল্লবসু ঐগীদি ইবুংঙোনি। মাদি তৌনীংবতা তৌবা ঙম্বনি অহুবু মহাক ঐগীদি মরম লৈতনা লাৎচরিবা ইবুংঙোহুনি।



কৃষ্ণকৃপামূর্ত্তি শ্রীল অভয়চরণারবিন্দ ভক্তিবেদান্ত স্বামী প্রভুপাদ
আন্তর্জাতিক কৃষ্ণভাবনামৃত সংঘের প্রতিষ্ঠাতা আচার্য্য



শ্রীল ভক্তিসিদ্ধান্ত সরস্বতী গোস্বামী মহারাজ
কৃষ্ণকৃপামূর্ত্তি শ্রীল এ, সি, ভক্তিবেদান্ত স্বামী প্রভুপাদগী গুরু
অমসুং যুগসিগী খ্বাইদগী অচৌবা পণ্ডিত অমসুং ভগবদ্ভক্ত



**শ্রীপঞ্চতত্ত্ব**

শ্রীমদ্ভাগবতকী আদর্শ প্রচাবক শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য মহাপ্রভুবু মনাইশিংনা কোযশিনবা।



নৈমিষারণ্যদা তিল্লম্লিবা ঋষিশিংনা শ্রীল সূত গোস্বামীবু অৱাংবা আসনদা লেঙশিনহল্লবা মতুংদা শ্রীশৌনক ঋষিনা শ্রীসূত গোস্বামীগী মফমদা পরমার্থগী মরমদা ৱাহং হংজখি। (লঃ ১৬)



শ্রীকৃষ্ণনা দ্বারকাদা লেঙলমদাইদা মহারাণী কুন্তীনা থম্মোয়শেংনা কৎচবা প্রার্থনা তাবদা নুংশিনা মোমোন নোকপিখি।    (লঃ ২৮৯)



উচেক্কী পোন্দবু শীত্তোক শেংদোকপনা উচেকপু পেলহনবা ঙমদে। মতৌ অসুম্না তূম্লিবা আত্মাগী করি তৌফম থোকপাগে হায়বদো খঙদ্রবদি পৃক্লীং হকচাঙগী মচিঞ্জাক হুনবতনা কনামতনা নুংঙাইবা ঙম্লোইহি। (লঃ ৪২)



জগৎ শেম্বা, যোকপা অমসুং মাঙহনবগী থবক পাঙথোক্লবা পবমেশ্বব ভগবান্না ব্রহ্মা, বিষ্ণু অমসুং শিবগী মশক মথঙশিৎনা লৌই। ব্রহ্মানা বজঃ গুণগী, বিষ্ণুনা সত্ত্ব গুণগী অমসুং শিবনা তমোগুণগী শেম্নবা মপুনি। (লঃ ৬০)



কুরুক্ষেত্রগী লাল লোইরবদা লান্দা শোক্লবা মবুধৌ ভীষ্মদেবনা তেনগী ফমুংদা হিপ্তুনা অরোইবা পুংফম ঙাইরি। মতমদুদা শ্রীকৃষ্ণ অমসুং মতীক মঙাল লৈরবা মীওই কয়ানা ভীষ্মদেবগী মফমদা ভক্তি কৎননবা তিনখিরম্মী। (লঃ ২৯৫)



শ্রীনাবদনা মবোল অহুম্মক্তা ভগবানগী গুণ শকশোন্দুনা কোযনা চৎলগা
সংসাব ঈপাক্তা তাববা জীবশিংবু লানবীবি। (লঃ ১৯৮ ৯৯)



অমম্বা কলিগী ঈপাক লাম্থোক্লীংবা মখোযদুনা নুমিৎকুম্না লংলবা
শ্রীমদ্ভাগবতমদগী অশেঙবা জ্ঞান ফংগনি। ( লঃ ১১২)



মহাবাজ যুধিষ্ঠিব অমসুং ভীম অনীনা দ্বাবকাদা চৎখিবা মনাও অর্জ্জুনবু হল্লকপা ঙাইহিবিঙৈদা ফত্তবা খুদম কযা উবম্মী। খুদমশিংসিনা তাকপদি শ্রীকৃষ্ণ থূপখ্রে অমসুং কলিযুগ চঙলক্লে হাযবনি। (ল° ৫১৯ ৫২৫)



মহারাজ ধৃতরাষ্ট্র মশানা হৌগৎচবা যোগগী মৈনা মশাবু উৎ ওন্না চাকথেকহনখি। মপুরোইবা নীংলবী সতী গান্ধারীসু মৈদা চাক্লিবা মপুরোইববু মুন্না য়েংলগা মৈনুংদা চঙখি। (লঃ ৫১০)

# অহানবা অধ্যায়

## মুনিশিংগী ৱাহং

শ্লোক ১

**ওঁ নমো ভগবতে বাসুদেবায়**
**জন্মাদ্যস্য যতোঽন্বয়াদিতরতশ্চার্থেষ্বভিজ্ঞঃ স্বরাট্**
**তেনে ব্রহ্ম হৃদা য আদিকবয়ে মুহ্যন্তি যৎসূরয়ঃ।**
**তেজোবারিমৃদাং যথা বিনিময়ো যত্র ত্রিসর্গোঽমৃষা**
**ধাম্না স্বেন সদা নিরস্তকুহকং সত্যং পরং ধীমহি ॥ ১॥**

শব্দার্থ

ওঁ—হে প্রভু; নমঃ—খুরুমজরি, ভগবতে—ভগবানদা; বাসুদেবায়—বাসুদেবদা (বসুদেবগী মপাবিদা) নত্রগা মপু মকোক শ্রীকৃষ্ণদা; জন্ম-আদি—সৃষ্টি (লৈশেম্বা), স্থিতি (লৈবা, ঙাকপা), অমসুং লয় (লোইশনবা); অস্য—প্রকট (ফোঙলিবা) বিশ্বব্রহ্মাণ্ডশিংগী; যতঃ—মঙোন্দগী; অন্বয়াৎ—অপান্নবা, ইতরত—নাকোয়ননা; চ—অমসুং; অর্থেষু—তৌগদবা মরমশিংদা; অভিজ্ঞঃ—পূঙখঙ-খঙবা; স্বরাট্—মনীঙ পূঙতম-তম্বা; তেনে—শন্দোক্লম্মী; ব্রহ্ম—বেদ, বৈদিক জ্ঞান; হৃদা—থম্মোইনা খঙবা; যঃ—মহাক্না, আদি কবয়ে—ইহান হান্না শেমখিবা জীবদা, মুহ্যন্তি—শুমহৎপা ওই; যৎ—মহাক্কী মবমদা; সূরয়ঃ—অথোইবা ঋষিশিং অমদি দেবতাশিং (গোইয়াম); তেজঃ—মৈ; বারি—ঈশিং; মৃদাম্—লৈপাক লৈখোম; যথা—অদুগুম্বা মতিক; বিনিময়ঃ—চঙথোক-চঙশীন; যত্র—মরমদুনা; ত্রিসর্গঃ—সৃষ্টিগী মওং অহুম, সৃষ্টি তৌবা শক্তিশিং; অমৃষা—অৱাইবমকুম্বা; ধাম্না—লমদমশিংবা অচঙপোং লোইনমক্না লোয়ননা, স্বেন—মশা মথন্তনা ওকচবিবা মওংদা; সদা—মতম পূম্বদা; নিরস্ত—য়াওদবা মবম্না ককচরবা; কুহকম—ওইদবা, মায়া; সত্যম—অশেংববু, পরম—পূঙথোই-থোইববু; ধীমহি—এনা ধ্যান তৌজে।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

বসুদেবগী মপাবি ওইবা বাসুদেব শ্রীকৃষ্ণ পূংশূপ মঙোন্দা এনা খুরুমজরি। এনা ইবুংঙো শ্রীকৃষ্ণবু ধ্যান তৌজে (মীৎ উইশন্নগা মশক অদু লাকশন্নগা হৈজে), মবমদি মহাকসে পূংথোই থোইবা অমতা ঙাযবা অওইবা (পরম সত্য) হায়বদুনি অমসুং প্রকট ব্রহ্মাণ্ডশিংগী সৃষ্টি তৌবগী (লৈশেম্বগী), স্থিতি (ঙাকশেন্দুনা লৈবগী) অদুগা প্রলয়গী (লোইশনবগী) মরম পূম্বগী মবম হায়বদি সর্বকারণকারণ (থোরককম পূম্বগী থোরককম) ওইবা আদি (ইহান হানবা) হায়বদুনি। থোক্লিবা পূম্ববু মহাক্না অপান্নবা ওইনসু নাকোয়ননা ওইনসু পূঙখঙ খঙঙী, অদুগা মহাক্তি মনীঙ তম্বনি, মরমদি থোরককম অতৈ অমা মহাক নত্তনা লৈত্রে। ইহান-হানবা জীব ওইবা ব্রহ্মাগী মথম্মোইদা বেদগী জ্ঞান ইহান হান্না হানজনখিবদো মহাক্তনি। মৈন্নুঙদা য়াওবা ঈশিংনা অমদি ঈশিংদা য়াওবা লৈপাক-লৈখোম্না কনাগুম্বা

মী অমবু শুমহৎপগুম মহাক্না (শ্রীকৃষ্ণনা) চাউর-চাউরবা ঋষিশিংবু অমদি লাইয়ামশিংবু শুমহৎলি। মতম পূম্নমক্কী ওইনা উৎপা নত্তবা প্রকৃতিগী গুণ অহুম্না তিন্নরগা ওইরকপা প্রাকৃত জগৎশিংসে অওইবা পোৎ নত্তবস্থু মহাক্না মরম ওইরগা অওইবা থাক্লেশেংবা পোৎ ওইবগুম্না উরিবনি। মরমহুনা ঐনা মতম পূম্বদা মায়াগী রাংমদা লৈবা দিব্যধামদা নিত্যকালগী ওইনা লৈরিবা পরমেশ্বর ভগবান শ্রীকৃষ্ণবু ধ্যান তৌজবি।

নৈনবোল

পরমেশ্বর ভগবান বাসুদেবদা খুরুম্বসিনা তশেংনা উৎলিবা তাক্লিবদি বসুদেব অমসুং দেবকী অনিগী মচা ইবুংঙো শ্রীকৃষ্ণবু তাকপনি। রাযমসি ভাগবত কৌবা লাইরিকসিগী মশাদা অমূক হেন্না ফোংদোক্লুনা তাক্লকনি। মফমসিদা শ্রীব্যাসদেবনা হায়রিবদি অসিনি মতুদি শ্রীকৃষ্ণসে আদি ওইবা পরমেশ্বর ভগবাননি অহুগা অতৈ পূম্নমক্না মগোন্দগী থোকখিবা অংশ অমদি অংশগী অংশ ঙাক্তনি। শ্রীল জীব গোস্বামীনা রাফম অসি মহাক্কী 'কৃষ্ণসন্দর্ভ' কৌবা লাইরিক্তা মরীক চুম্না শুগাইনা তাক্লী। ইহানহানবদা শেমখিবা (থোকহনখিবা) জীব ওইখিবা ব্রহ্মানা মহাক্কী লাইরিক 'ব্রহ্মসংহিতা' কৌবহুদা শ্রীকৃষ্ণগী মরম মরু ওইনা ইরি। সামবেদ উপনিষদ্ অহুদসু শ্রীকৃষ্ণদি দেবকীনা পোকপা দিব্য পুত্রনি হায়রি। মরমহুনা শ্লোকসিদা য়াওবিবা প্রার্থনাসিদা ইহান হানবা রাফম্না হায়রিবদি ভগবান শ্রীকৃষ্ণদি আদিপ্রভুনি (ইহান-হানবা ওইরিবা খুৎইগী মবুংঙো মহাক্তুনি) হায়বসিনি; অহুগা পরমেশ্বর ভগবানগী দিব্য ওইবা (প্রাকৃত-নত্তবা) মমিং অমা লৈ হায়না খঙনবা তারবদি কৃষ্ণ হায়বা শব্দসিনা উৎপা মিংদো ওইগদবনি, মরমদি কৃষ্ণ শব্দগী অর্থদি পূম্নমকপু চিংশল্লিবা হায়বনি। ভগবদ্গীতাগী মনুঙদা মফম অয়াম্বদা ভগবান মশামক্না থোরকফম পূম্বগী থোরকফম ওইবা আদিদেব পরমেশ্বর ভগবান হায়বহু মহাক্তি হায়না তাক্লী। মহু অর্জুনমক্না য়াথ্রবনি অহুগা নারদ, ব্যাসনচিংবা চাউর চাউরবা ঋষিশিং অয়াম্বনা য়ারিবা রাফম্লি। ভগবানগী শীঙথাবদা লোইবা নাইত্রবা মিংশিংগী মরক্তা খ্বার পূম্নমক্কী মকোক ওইবা মিংদি কৃষ্ণ হায়বা মিংসিনি। 'বাসুদেব' হায়বসিনা তাক্লিবদি মহাক পরমেশ্বর ভগবানগী মপুঙ-ফাবা অংশনি হায়বনি অহুগা ভগবানগী অতোপ্পা রূপ (শক) পূম্বা বাসুদেবগা অমতনি হায়না শ্লোকসিদা উৎলি। বাসুদেব হায়বা মিংসিনা থোইদোক্না উৎলিবদি বসুদেব অমসুং দেবকীগী মপাবিনি হায়বহুনি। সংসার থাদোক্লবা সন্ন্যাসীলক্তা সিদ্ধ ওইনবা পরমহংস কৌবা সন্যাসী-শিংনা শ্রীকৃষ্ণবু মতম পূম্বদা ধ্যান তৌজৈ।

বাসুদেব হায়বদি ভগবান শ্রীকৃষ্ণদি থোরকফম পূম্বগী থোরকফম্নি (সর্বকারণকারণম্নি)। লৈরিবা পুম্বা ভগবান্দগী থোরকপনি। মসি করম্না ওইরিবনো হায়বদো লাইরিকসিগী তুংদা য়াওরিবা অধ্যায়শিংদা শন্দোক্না তাক্লী। লাইরিক অসিবু মহাপ্রভু শ্রীচৈতন্যনা ছিত্র-লৈতবা পুরাণ অমনি হায়না হায়খি, মরম দ লাইরিকসিদা ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী দিব্য লীলাশিংহু য়াওরি। শ্রীমদ্ভাগবতকী ইতিহাস-সু য়াম্না ফজনা লংনা ঙাল্লি। শ্রীব্যাসদেবনা মপুঙ যানা দিব্যজ্ঞান যংলবা মতুংদা খোমজিনখিবা লাইরিকনি মসি। মহাক্কী গুরু শ্রীনারদজীনা পাওতাক-পাওমেল্লবদা মহাক্না লাইরিকসি ইবনি। ব্যাসদেবনা বেদ মরি, বেদান্ত সূত্র (ব্রহ্মসূত্র), পুরাণময়াম, মহাভারতনচিংবা বৈদিক সাহিত্যশিংবু লেংলম্মী। অহুবু মহাক পেনবা ঙমখিদে। মপুক্লিংগী পেন্দবহু মাগী গুরুদেবনা উখি। মরমহুনা নারদনা ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী দিব্যলীলাগী রারোল ইয়ু হায়না পাউতাকখি। হায়রিবা লাইরিকশিংসে লাইরিকসিগী তরাগুবা স্কন্ধদা থোইদোকপা মওংদা ইরি। রা মচং ওইবা মতাওসি য়োননবা মমাঙগী মতাঙশিংহু মথং মথং ওইনা খঙননবা মীপুম খুদিংনা মকোক্কগী চৎথরক্কদবনি।

দার্শনিক অমগী পুকচেল চেন্নিবা মীতানা সৃষ্টিগী হৌরকফম খণ্ডনিংঙবা হায়বসে মহৌশানি। মুংদাংদা নোংদোন অতিয়াদা থরাম্মচাক উরগা থরাম্মচাকশিংদা লৈরিবা জীবশিংগী মরমদা রাখল খনবদি মহৌশানি। অসুম্না হংজিন থিজনবা হায়বনি মীওইবগীদি হৌনশানি, মরমদি শা-ভা-নচিংবা জীব অতৈদগী মীওইবনা রাখল রাংনা খন্দুনা খণ্ডবা হেন্নি। শ্রীমদ্ভাগবতকী গ্রন্থকর্তানা মীওইবনা হংজিন-থিজিন্নিবা রাফম ময়ামসিগী পাওথুমশিংদু পীবি। ভগবান শ্রীকৃষ্ণসে সৃষ্টি পুম্নমকী হৌরকফম্নি হায়বদো মহাক্না (ব্যাসমুনিনা) হায়রি। মহাক্তি বিশ্বব্রহ্মাণ্ডবু শেম্বা মপু ওইবদা নত্তনা লোইশনবা মপুসু (প্রলয়কর্তা) ওইবিবনি। প্রকট (ফোঙলিবা হায়বদি মিংনা উবিবা) ব্রহ্মাণ্ডসি ভগবাননা নীঙলকপা মতম অমদা সৃষ্টি তৌথিবনি। মবমদুনা ব্রহ্মাণ্ডগী থৌদোক খুদিংমক্কী মরম অথোইবদি ভগবানগী ইচ্ছানি। তৌবগীবুদি মখল মখাগী নাস্তিক (ঈশ্বর লৈ হায়বা থাজদবা মী) লৈ, মখোয়দি সৃষ্টিকর্তা অমা লৈ হায়বসে থাজদে; মখোয়না থাজদবগী মরমদি জ্ঞান (খঙবা) রাংপনি। খুদমগী মশক ওইনা হায়বা য়াই—হৌজিক্কালগী বৈজ্ঞানিকনা মালং অহাংবদা পাইননবা উপগ্রহ য়াম্না শাবি। পাইবা যাননবা থৌবাং অমা শীল্লগা খুৎশেম উপগ্রহশিংবু নোংদোন-থক্তা থাগৎলগা পাইহল্লি। অদুগা য়াম্না লাপ্পনা লৈবা বৈজ্ঞানিক অমনা মথক্তা পাইরিবা উপগ্রহগী মায়কৈ-শলাই শেম্নবি। মতৌ অসিগুম্না ব্রহ্মাণ্ডশিংবু মখোয় অমমমগী লৈজবা নক্ষত্র অমদি উপগ্রহশিংগা লোয়ননা পরমেশ্বর ভগবান্না নিয়ন্ত্রন (শেম্নবা) তৌবি

পরম সত্য (অদ্বয় তত্ত্ব—মাগুম্বা অনিগুদবা পোৎ) ওইবা পরমেশ্বর ভগবান-দি হিংদুনা লৈরিবা জীবশিংগী মকোক্নি হায়না বৈদিক সাহিত্যশিংনা হায়রি। ইহান-হান্না পুথোকখিবা (সৃষ্টি তৌথিবা) ব্রহ্মাদগী হৌবগা পীক্লেন পীকপা ককচেং ফাওবা জীব পুম্নমক তোঙাস্তাবা পোৎশক অমমমনি। ব্রহ্মাগী মথক্তা লন্নাই লন্নাইগী ওইনা শক্তি চেনবা অতৈ জীব কয়ামা লৈরি। পরমেশ্বর ভগবানসু অসিগুম্বা থরাই পানবা অমনি। অতৈ থরাই-পানবশিংগুম্না মহাকসু নাইতোম শাংপা ব্যক্তি অমনি। অদুবু পরমেশ্বর ভগবান হায়বদি থরাই পানবশিংগী মকোক ওইবা মহাক্কীদি খ্বাইদগী হেনবা বুদ্ধি (লৌশিং) লৈ, অদুগা মহাকসে মীওইবনা খনবদা থোক্তবা মখল কয়াগী শক্তি চেল্লি। মীওইবগী বুদ্ধিনা অহাংবা মালং পাংবা উপগ্রহ পুথোকপা ঙম্নবদি মীওইবা জাতিদগী হেন্না বুদ্ধি শক্তি চেনবা মখোয়দুনা হেন্না ঙরুভাই ওইবা পোৎতা পুথোকপা ঙমগনি হায়বসে মীপুম খুদিংনা ইরায়-লায়না খনবা ঙম্মী। রাখল চুম্বা মীতানা হায়রিবা যুক্তিসে হেক্তা ময়াগনি, অদুগা মঙক কনবা নাস্তিকশিংদি রাফমসি য়াবোই। শ্রীলব্যাসদেবনদি পরম (পুঙথোই থোইবা) বুদ্ধি অসিবু 'পরমেশ্বর' হায়বদুনি হায়না লৌবি। মহাক্না পরম বুদ্ধিসিবু 'পর' (পুঙথোই-থোইবা) নত্রগা 'পরমেশ্বর' (ঈশ্বর মকোক) হায়না কৌরগা খুরুমজরি। পরমেশ্বরসি শ্রীকৃষ্ণনি হায়না ভগবদ্গীতা-নচিংবা শ্রীব্যাসদেবনা পীরম্বা শাস্ত্রশিংনা অমদি থোইদোক-হেন্দোক্লা শ্রীমদ্ভাগবতম্ অসিনা য়ারি। ভগবদ্গীতাদা ভগবান মশামক্না মঙোন্দগী হেনবা পরতত্ত্ব (পুঙথোই থোইবা) অমা লৈতে হায়না হায়বি। মরমদুনা শ্রীব্যাসদেবনা খুদক্তা পরতত্ত্ব ওইবা শ্রীকৃষ্ণবু খুরুমজরি; মহাক্কী প্রাকৃত-নত্তবা (দিব্য ওইবা লীলা) পবেংদো ভাগবতসিগী তরাশুবা স্কন্ধদা রাবিবি।

অচুম-চুমদগী রাখল্লাইদবা মীতাশিংনা মমাঙগী স্কন্ধশিংবু হুন্দোক্লগা তরাশুবা স্কন্ধদু হেক্তা পায়খৎলি, থোইদোক হেন্দোক্লা মখোয়না ভগবানগী ভগোই রাস ঙারোন য়াওরিবা অধ্যায় মঙাখক্ত (রাস পঞ্চাধ্যায়দু) হেক্তা পায়খৎলি। হায়রিবা মতাঙসিদি শ্রীমদ্ভাগবত কৌবা মহাপুরাণসিগী থুপ্লেন-থুম্না শকক্নি। ভগবানগী ওইবা দিব্যজ্ঞান অসি মুম্না হংডদ্রবদি ভগবানগী খুরুম্নঙাই ওইবা দিব্যলীলা

রাস-নৃত অসিবু অমসুং গোপীশিংগা মহাক্কা লৈনরিবা প্রেমসিবু (মুংশিনরিবসিবু) শেরান্নলা লৌবা হায়বদুদি শোয়ত্রবা রানি। রাসগী রারমসে য়াম্না রাংনা আধ্যাত্মিক ওইবা রানি। অসুম অসুম আধ্যাত্মিক উপলব্ধিগী থবক মথং মথং চাং নাইনা কাখৎলকপনা পরমহংসগী মতাঙ য়োৗরবা জীবন্মুক্ত ওইরবা মীতাশিংনা জগোই রাসগী রস অসিবু দিব্য ওইনা চুপ্না ঙমগদবনি। শ্রীলব্যাসদেবনা ভাগবতকী পাঠকশিংদা মখোয়না ভগবানগী লীলাশিংগী মচি ওইবা রস অদুবু তশেংনা চুপত্রিঙৈগী মমাঙদা আধ্যাত্মিক উপলব্ধিবু মথং মথং চুপ্না ঙমজনবা তাঞ্জা অমা পীবিরি। মরমদুনা মহাক্না তৌগে হায়বগা লোয়ননা গায়ত্রী মন্ত্র ধীমহি হায়বসে পল্লগা প্রার্থনা তৌরি। গায়ত্রী মন্ত্রসি আধ্যাত্মিক ওইবা লম্বীদা থুমাঙ য়াম্না চাউশল্লবা মীতাশিংগীনি। গায়ত্রী মন্ত্রসি শোনবা হৈরবা মতমদা ভগবানগী চিন্ময় ওইবা কীভমদা য়ৌবা ঙমগনি। মরমসিনা মহাক্না ব্রাহ্মণগী গুণ খিবিক চেনগদবনি নত্রগা সাত্ত্বিক গুণদা মপুঙ ফানা লৈগদবনি, করিগুম্বা মহাক্না গায়ত্রী মন্ত্রবু হৈনা শোনগে হায়রবদি অমসুং মদুদগী ভগবানবু, মাগী মিংথৈবু, মাগী যশবু (মিংচৎপু), মাগী মগুণশিংনচিংববু উপলব্ধি তৌগে (চুপকে) হায়রবদি।

শ্রীমদ্ভাগবতম্‌সি ভগবানগী অন্তরঙ্গা (মনুঙগী ওইবা) শক্তিনা উৎলিবা মহাক্কী স্বরূপ (মশক) অদুগী রারীনি। অন্তরঙ্গা শক্তিসে বহিরঙ্গা শক্তিদগী তোঙাল্লি। বহিরঙ্গা শক্তিসিনা ঐখোয়না উরিবা জগৎসে পুথোরক্লিবনি। শ্রীল ব্যাসদেবনা শক্তি অনিসিগী খেন্নবদু য়াম্না শেংনা নৈনরিবা শ্লোক অসিদা তাক্লী। উৎলিবা অন্তরঙ্গা শক্তিসিনা অশেঙবা লেঙদবনি অদুগা প্রাকৃত জগৎ ওইনা উৎলিবা বহিরঙ্গা শক্তিসিনা অনিত্যানি (তুং কোইদবনি) অমসুং মরুভূমিদা (লৈকংলাদা) উবা মুংশানা ঈশিং মানবা মিৎ-তরংগুম্বনি হায়বসি শ্রীব্যাসদেবনা শ্লোকসিদা হায়রি। মরুভূমিগী মরীচিকাদা (মিৎতরংদা) ঈশিং তশেংনা য়াওদে; ঈশিং মান্না উবদনি। ঈশিং হায়বা তশেংবা পোৎতুদি মফম অতোপ্পা অমদা লৈবনি। উৎলিবা প্রাকৃত জগৎসে তশেংবা পোৎ ওইনা উরি। জগৎসিবু মাগী মমি ওইনা তৌরিবা অদুগুম্বা অশেঙবা অওইবা হায়বদুদি আধ্যাত্মিক জগৎ-তদা লৈবনি। পরতত্ত্ব হায়বদুদি প্রাকৃত নত্তবা অতিয়াদা লৈবনি প্রাকৃত অতিয়াদা লৈতে। প্রাকৃত অতিয়াদদি লৈরিবা পোৎ খুদিংমক মনিঙ-তমদবা সত্যনি (মওইনি)। হায়বদি সত্য অমনি হায়রিবদো অতোপ্পা সত্য অমগী মপানতাংবনি। প্রাকৃত জগৎসে প্রকৃতিগী গুণ অহুম থেঙ্গাইনবদগী থোরকপনি, অদুগা তুংকোইদবা পোৎতাশিংসে মায়া-লাংদা থুরবা জীবশিংগী মমিত্তা নিত্য ওইনা উহন্নবা শেম্বনি। হায়রিবা জীবশিংসে ব্রহ্মা, ইন্দ্র, চন্দ্রনচিংবা লাইয়ামশিংসু য়াওবা থরাইপানবা মখল ময়ামসিনি। তশেংনা হায়বা তারবদি ঐখোয়না উরিবা জগৎসিদা সত্য, অওইবা হায়বদু লৈতে। প্রাকৃত-নত্তবা বৈকুণ্ঠদা সত্য (অওইবা) লৈবা মরম্না প্রাকৃত জগৎসিদসু অওইবদো লৈবা মানবনি। প্রাকৃত-নত্তবা জগংতা পরমেশ্বর ভগবান্না নিত্যকালগী (মতম পুম্বগী) ওইনা মহাক্কী ধাম অমসুং পরিকরশিংগা লোয়ননা লৈরিবনি।

য়াম্না কৃপ্না মওংগী শঙলেন অমা শাবগী ইঞ্জিনিয়ার হল্লবা অদুনা শঙ শাবদা মথুংমক্লা য়াওত্রবসু শারিবা শঙ অদুগী কাচিন-কোয়া পুম্নমক মহাক্না খঙঙী। মরমদি থবক থুদিংমক মহাক্না তাকখিবা মতুং ইন্না তৌয়ি। হকথেংননা ওইরবসু নত্রগা নাকোয়ননা ওইরবসু মহাক্না শঙদুগী মরোল খঙঙী। মতৌ অদুগুম্না পরমেশ্বর ভগবান্না জগৎ-সৃষ্টিগী ইঞ্জিনিয়ার পুরেন হল্লবনি, অদুনা থৌরম পুম্বা দেবতাশিংনা পুন্নবসু ভগবান মহাক্না থবকী কাচিন-কোয়া পুম্নমক খঙঙী। ব্রহ্মাদগী হৌরগা মমল য়াওদবা ককচেং ফাওবগী মথুঙদা লৈরিবা জীব কনামতনা প্রাকৃত জগৎসিদা মনীঙ মথা

তমজবা ঙমদে। মফম খুদিংদা ভগবানগী খুৎনা তৌবা ঙাক্তা ওইনা উই। প্রকৃতিগী মচাক (ভূত) পুম্নমক অদুগা আধ্যাত্মিক ওইবা মৈরিক পুম্নমক ভগবান মঙোন্দতগী থোরকপা ঙাক্তনি। প্রাকৃত জগৎসিদা সৃষ্টি তৌদুনা পুথোক্লকপা পোৎ খুদিংমক প্রাকৃত ওইবা অদুগা প্রাকৃত-নত্তবা শক্তি অনীনা থেঙ্নাইনবগী ফল ঙাক্লি; শক্তি অনিসে অদ্বয় তত্ত্ব ওইবা পরমেশ্বর ভগবান শ্রীকৃষ্ণদগী থোক্লকপা ঙাক্লি। রসায়ন খঙবা মী অমনা মাগী রসায়নগী শঙদা হাইড্রোজেনগা নাইট্রোজেনগা তিন্নশিন্নগা ঈশিং থোকহনবা ঙম্মী। অদুবু তশেংবা হায়বা তারবদি জীব অমনা মাগী বিজ্ঞান-শঙদা থবক শূরিবদো পরমেশ্বর ভগবানগী ময়াথংনা শূরিবনি। মাগী থবক শূংদা চঙলিবা অচঙপোংশিংদুসু ভগবান্না পীবিবনি। ভগবানদি অপান্নদা ওইরবসু নত্রগা নাকোয়ননা ওইরবসু লোইনমক খঙঙী, অদুগা থবক্কী অকুপ্পা মরোল পুম্নমক খঙঙী অদুগা মহাক্তি মপুঙফানা মনীঙ মখা তম্বনি। মহাকপু সনা থোকফম খোং অমগা চাংদম্নে অদুগা মখল মওং মওংগী ব্রহ্মাণ্ড ময়াম্বুনা সনানা শাবা লীক-কোন-নচিংবগা চাংদম্নে। মগুণগী মায়কৈরোমদা য়েংলগদি সনাগী খুদোপ অমসুং সনাগী লীক্লাংশিংসিগা থোংদা লৈবিবা সনাগা অমতনি, অদুবু মচাঙগী মায়কৈদা য়েংলগদি খোংগী সনাগা খেন্নে। মরমসিনা পরতত্ত্বদি মতম অমতদা অমতমক ওইবসু ওই অদুগা তোঙানবসু ওই। পরতত্ত্বগা পূঙমান মান্নবা করিগুম্বা অমতা লৈতে। অদুমদি ওইরগা মাগী মখা পোন্দবসু করিমতা লৈতে।

বিশ্ব-ব্রহ্মাণ্ডবু শেম্লিবা ব্রহ্মাদগী হৌরগা শীঙথানঙাই ওইদ্রবা ককচেং ফাওবনচিংবা মায়া-লাংদা থুববা জীবাত্মাশিংনা সৃষ্টিগী থবক তৌনরি, অদুবু মখোয় অমতনা পরমেশ্বর ভগবানগী মখা পোন্দ-বদি য়াদে। সংসারী জড়বাদীনা লান্না খনবদি মহাক নত্তনা সৃষ্টিকর্ত্তা (শেম-শাবা' কনামতা লৈতে হায়বসিনি। মসিবু মায়া কৌই। সংসারীনা মাগী জ্ঞান হাৎনা লৈবা মরম্না মাগী ইন্দ্রিয়শিংগী মতেংনা খঙবা অদুগী রাংমদা করি লৈরিবগে হায়বদু উবা ঙমদে; মতৌ অসুম্না মানা খনবদি জড় বস্তুনা (থবাই পান্দবা পোৎনা) মঙোন্দগী হেক্সৎপা বুদ্ধিগী মতেং য়াওদ্রবসু মতোমতনা মাগী ওইবিবা মওং অদু ওইজরকই হায়বসিনি। হায়রিবা রাসিবু শ্রীলব্যাসদেবনা নৈনরিবা শ্লোক অসিদা কল্লি—"মপুঙ ফারবা মপুম হায়বদি পবতত্ত্ব (পরম তত্ত্ব, অদ্বয় তত্ত্ব) অসিনা পোৎ খুদিংমক্কী থোবকযম্লি, পবতত্ত্ব মশামক্কী মখা পোন্দবা অতৈ করিমতা লৈতে।" হকচাঙদা করিগুম্বা অমা তৌরবদা হকপানবা মহাক অদুনা খঙঙী। মতৌ অদুগা চপ মান্ননা সৃষ্টিদি পরতত্ত্বগী হকচাঙনি। মরমদুনা পরতত্ত্ব মহাক্না সৃষ্টিসিদা থোক্লিবা থবক পুম্বা অপান্নদা ওইবে নাকোয়ননা ওইরে খঙঙী।

শ্রুতি মন্ত্রদসু পরতত্ত্ব হায়বদি ব্রহ্মাসে পোৎ খুদিংমক্কী খম্নেন-খম্বা থোরকযম্লি হায়রি। পুম্নমক মঙোন্দগী থোকপা ঙাক্তনি অমসুং পুম্নমকপু মহাক্না ঙাক-শেম্লি। পোলোইদা লোইনমক মঙোন্দা চঙগনি। মসি প্রবৃত্তিগী নিয়ম্লি। রাফমসিমক চপ চানা স্মৃতি মন্ত্রদসু হায়রি। ব্রহ্মাগী কল্প হৌবদা পোৎ খুদিংমক্কী থোরকফম ওইরিবা অদু অমসুং পোলোইদা চঙজফম থ্ঙপফম ওইরিবা অদু পবতত্ত্বনি হায়বদি ব্রহ্মনি। জড়বাদী বৈজ্ঞানিকশিংনা সৌর জগৎকী গ্রহ উপগ্রহশিংগী থোরকফমদি নুমিৎ (সূর্য্য) অসিনি হায়না লৌরি, অদুবু নুমিৎসে বদায়দগী থোরকপনো হায়বদুদি মখোয় তাকপা ঙমদে। শ্লোক অসিদা খম্নেন-খম্বা থোরকফম মরু কনানো হায়বদো তাক্লি। বেদশাস্ত্রগী মতুং ইন্না নুমিৎকা চাংদম্নবা য়াবা ব্রহ্মাসে খম্নেন খম্বা থোরকফম্লি হায়বদি সৃষ্টিকর্ত্তানি হায়দে। শ্লোকসিদা হায়রিবদি ব্রহ্মাদা বৈদিক জ্ঞান পরমেশ্বর ভগবান্না তাকপিথি অসিনি। ব্রহ্মাদি ইহান হানবা জীবনি, মরমদুনা মঙোন্দা তাকপি-তীকপিনবা জীব অতোপ্পা অমা মতমদুদা লৈরমদে হায়না কনাগুম্বনা য়েংচবা য়াই। শ্লোকসিদা হায়রিবদি পরমেশ্বর ভগবান্না সৃষ্টিকর্ত্তা মথাং ওইরিবা ব্রহ্মাদা

থৌইজিন (প্রেরণা) তৌই হায়বসিনি, মরমদি মতুম তৌরগা ব্রহ্মানা মাগী লৈশেম-মুংশেমগী থবক পায়বগীদমক। মরমসিনা সৃষ্টি পুম্নমক্কী থৌইজিন কোক্লেন বুদ্ধিদি পরমসত্য ভগবান শ্রীকৃষ্ণনি। ভগবদগীতাদা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা হায়রি—জড় মপুম ওইবা সৃষ্টি তৌবগী শক্তি ওইবী প্রকৃতিগী মথক্তা কদায়দা শোয়খিদগে হায়না মিৎয়েং চঙলিবদি শ্রীকৃষ্ণ মহাক্তনি। মরমসিনা শ্রীব্যাসদেবনা ব্রহ্মাবু খুরুমদে, অদুগা ব্রহ্মানা লৈশেম্বদা লমজিংবিবা পরতত্ত্ব পবমেশ্বর ভগবানবু খুরুমজরি। শ্লোকসিদা য়াওরিবা 'অভিজ্ঞ' অমদি 'স্বরাট্' হায়বা শব্দ অনিসি তরাইবা য়াদবা ৱাহৈনি। ৱাহৈ অনিসিনা পরমেশ্বর ভগবানসে জীব অতৈগা মান্নদে হায়বা তাকই। অতোপ্পা জীব অমতনা অভিজ্ঞসু ওইদে স্বরাট্সু, হায়বদি কনামতনা পুঙখঙ খঙবা হায়বদুসু ওইদে অদুগা মনিং পুঙতম্ তম্বসু ঙমদ্রে। ব্রহ্মা ফাওবা সৃষ্টি তৌবা ঙম্নবা হায়দুনা পরমেশ্বর ভগবানবু ধ্যান তৌদুনা খুরুমজরিবনি। আইনষ্টৈন্নচিংবা বৈজ্ঞানিকখোয়গুম্বগী ৱাদি কবি অমুক হায়রুগনি! অসিগুম্বা বৈজ্ঞানিক অমগী থোপ-তি মীওইবা অমনা শেম-শাদুনা পুথোকপা ঙমদে। বৈজ্ঞানিকশিংনা অসিগুম্বা থোপ পুথোকপা ঙমদে, অদুনদি ভগবান্না মপুনি হায়বসিবু য়েৎলিবা অপঙবা নাস্তিকশিংগী ৱাদি ববিবু হায়সিগে? ভগবানগা অমতা ওইনা তিনবা ঙম্মী হায়না মশা মশাবু চীবোন তৌজবিবা মায়াবাদী হায়বদি নিরাকারবাদীশিং ফাওবনা অভিজ্ঞ অমদি স্বরাট্ ওইবা ঙমদে। অসিগুম্বা নিবাকাববাদীশিংসিনা ভগবান্দা তিল্লুবা ঙম্নবগীদমক জ্ঞান ফংনবা হায়দুনা শাথিরবা তপ তৌই। অদুবু মখোয়দুনা মঠ অমদি মন্দিরনচিংবা লিংননবা শেলগীদমক মখোয় মখোয়গী লল্লৈবা শিন্নগী মপান তাংঙী। ৱাবণ অমদি হিরণ্যকশিপুগুম্বা নাস্তিকশিংনা মপু ওইবা ভগবান অমা লৈ হায়বসি য়াদ্রিঙৈগী মমাংদা শাথিনা ৱাবা তপ কয়া তৌই। অসিগুম্বা নাস্তিকশিংসু মখোয়গুম্না দশা যংজগনি মরমদি ইতিহাসদি অমুক হনজিল্লি। মীওইবনা ভগবান্না মপুনি হায়বসি থওইদবগা প্রকৃতিগা মাগী নিয়মগনা মখোয়দুগুম্ব। মীতাবু শাস্তি হেক্তা পী। ৱাফমসে গীতাগী খ্বাইনা খঙনববা শ্লোক 'যদা যদা হি ধর্ম্মস্য গ্লানিঃ' হায়বা পরেংসিনা হায়রিবা ৱাযম্লি। 'হে অর্জুন, ধর্ম্মনা মণায় চায়থবক্লবদা অদুগা অধর্ম্মনা মরায় হায়গৎলক্লবদা ঐহাক অবতাব তৌই।'' [ভগবদগীতা ৪।৭]।

পরমেশ্বর ভগবানদি মপুঙ ফাবনি হায়বসে শ্রুতি মন্ত্র পুম্নমক্তা হায়বি। মপুঙ ফারবা ভগবান্না প্রকৃতিদা মিৎয়েং তাবি অদুনা মবম ওইদুনা জীব পুম্নমকপু সৃষ্টি তৌই হায়বসিসু শ্রুতি মন্ত্রশিংদা হায়রি। জীবাত্মাশিং ভগবানগী অংশ ঙাক্তনি; পাক চাওরবা প্রাকৃত সৃষ্টিশিংগী গর্ভদা আত্মাগী মশক ওইবা মৈরিক ময়াম ভগবান-না হাপ্পল্লী, মদুম্না তৌবনা সৃষ্টি-ঙম্বা শক্তিশিংবু ঙক্ল-ঙক্লবা সৃষ্টি পুথোরুবা শীজিন্নৈ। ভগবান্না হৈবদি ঘড়ি শাবা মীদগী হেন্না হৈবা নত্তে হায়না নাস্তিক অমনা হায়বা য়াই, অদুবু তশেংবদি ভগবান্না হেল্লি, মরমদি মহাক মুপা মুপী খায়না মেচিন জাৎ অনী শাবা ঙম্মী। মেচিন মখল মখাগী মুপা মুপী হায়বা মওংশিং অদুনা মখোয় মখোয়গা মান্নবা মেচিন মশীঙ থীবা ঙমদবমখৈ ঈশ্বরনা মিৎয়েং চঙদ্রবসু পুথোকপা ঙম্মী হায়বদি পোকই। করিগুম্বা মীওইবা অমনা মাগা মান্নদনা অতোপ্পা জাৎকী মেচিন মহাক্না য়েংশন্দ্রবসু পুথোকপা ঙম্নবদি মহাক্কী বুদ্ধিদো ঈশ্বরগীগুম্বা ওইবা য়ারে। অদুদি ওইথোক্তে, মরমদি মেচিন খুদিংমকপু তোঙান তোঙাননা তাইনবা তাই। মরমসিনা কনামতনসু ঈশ্বরবু সৃষ্টি তৌবা ঙমদে। পরমেশ্বর ভগবানগী মিং অমনা 'অসমৌর্দ্ধ' কৌই। মসিগী অর্থদি কনামতনা ভগবানগা মান্নদে অদুগা মঙোন্দগীসু হেন্দে হায়বনি। পরম সত্যম্ (পুঙথোই-থোইবা) হায়বদু মহাক্নি মরমদি মহাক্না মান্নবা নত্রগা মঙোন্দগী হেনবা অমা লৈতে। ৱাফমসি শ্রুতি মন্ত্রশিংনসু হায়বা ৱানি। প্রাকৃত জগৎসে সৃষ্টি তৌদ্রিঙৈগী মমাঙদা মীপুম খুদিংগী মবুংঙো (প্রভু) ওইবা ভগবানতমক লৈরম্মী। ভগবান অদুনা ব্রহ্মাদা বেদ তাকপী অম্বিথি'

ভগবান অদুনা হায়বা ৱা অশোয় অঙাম লৈতনা ইনগদবনি। কনাগুম্বনা মায়া লাংদগী লাম্থোক্কে হায়ব দি ভগবান মঙোন্দা ইশাবু কংথোকচগদবনি। কংথোক্কদবনি হায়বসি ভগবদ্গীতানসু হায়বিবনি।

পবমেশ্বর ভগবানগী খুযা-থম্বান্দা বনাগুম্বা মীনা মশাবু কংথোকচক্রবদি মহাক্কী বুদ্ধি চোইবা হাযবতু শোয়দ্রবনি। কনাগুম্বা বুদ্ধি লৈবা মী অমনা ভগবদ্গীতাদা হায়বগুম্না মশাবু শ্রীকৃষ্ণগী চরণ-খাদা কখোকচবা অদুগা শ্রীকৃষ্ণদি থোরকযম পুংগী থোবকযম্লি (সর্ব্বকাবণ-কারণম্) হায়বতু খঙজরবা মতমতুদা অদুগুম্বা মবুদ্ধি লৈবা মীদুনা মহাত্মা (অচৌবা আত্মা) ওইবা ঙমগনি। অদুবু অসিগুম্বা মহাত্মাদি তাঙনা উবা যংই। মহাত্মাশিংসিদনা পরমেশ্বব ভগবাল্লা সৃষ্টি পুম্নমক্কী আদি কারণী হাযবতু খঙঙী। ভগবানদি 'পবম' (খল্লেন খম্বা তত্ত্ব) হায়বতুনি মরমদি তত্ত্ব অতৈদি মাগা মবী লৈনবা ঙাক্কি। মহাক্কি পুমখঙ খঙবনি (সর্ব্বজ্ঞ নি)। মহাক্কি মায়া লাং চঙদে।

মাযাবাদী পণ্ডিত খবনা শ্রীমদ্ভাগবতসে শ্রীব্যাসদেবনা লেংশল্লম্বা নত্তে হায়না হায। মখোয় খবনা হাযববু লাইবিক অসে বোপদেব কৌবা মুপা অমনা নৌনা ইবম্বনি। অসিগুম্বা নাতৈ চাদবা যুক্তিবু কবথংনবা হাযদুনা শ্রীলশ্রীধব স্বামীনা হায়—লিরেন-লিরবা পুবাণ অযাম্বদা ভাগবত কৌবা লাইবিক্কী বা পন্দুনা যাওরি। ভাগবতকী ইহান হানবা শ্লোক অসি গাযত্রী মন্ত্রনা হৌবি। লিরেন লিবা মৎস্য পুবাণ অদুদা ভাগবত কৌবা লাইবিকবু পল্লী। মৎস্য পুবাণ-দা ভাগবত অদুদা য়াওবা গায়ত্রী মন্ত্রগী বা পল্লগা অস্নুম্না হাযবি—গাযত্রী মন্ত্রনা হৌদুনা ইরগা পবমার্থগী ওইবা পাওতাক্কী ৱাবী য়াম্না যাওবি। বৃত্রাসুব ইতিহাস যাওবি। কনাগুংনা পুর্ণিমা তাবা নুমিত্তা মগুণ লৈববা লাইবিক ভাগবত অসিবু দান তৌববদি মহাক পবমশ্বেব ভগবানগী নাক্তা যৌবা ৱাংলেন-ৱাংবা পুন্সি মতাঙ অদু ফংজৈযে। অতৈ অতৈ পুবাণদসু ভাগবতকী বা পল্লদুনা অস্নুম্না হাযবি—লাইবিকসে (ভাগবতসে) স্কন্ধ তবানিথোই থোক্লা ইবনি অদুগা যাওরিবা শ্লোক-না লীশিং তরানিপাল্লি (১৮০০০)। পদ্ম পুরাণ-দসু গৌতমগা মহাবাজ অম্ববিষকা বাবী বাতাই শাম্নবদা ভাগবতকী বা পল্লী। মদুদা যাওবিনদি অসিনি—সংসাবগী মাযা লাংদগী লাম্থোক্কে হাযববদি ভাগবত সদাইগী ওইনা পাও হাযনা অম্ববিষ নিংথৌদা পাওতাকখি। বাফম ময়ামসি খল্লুবগদি ভাগবতসে শ্রীব্যাসদেবনা লেংশল্লম্বনি হাযবসিদা চিংনরঙাই কবিমতা লৈতে। হৌধ্রবা চহী চামঙাবোমসিগী মনুংদা শ্রীজীব গোস্বামী, সনাতন গোস্বামী, বিশ্বনাথ চক্রবর্ত্তী, বল্লভাচার্য্য নচিংবা খঙ-হৈববা পণ্ডিত অমদি আচার্য্যশিংনা অদুগা চৈতন্য মহাপ্রভুনা থুপথ্রবা মতুংদা পোক্লকপা মমিং চৎলবা পণ্ডিত কয়ানা ভাগবতকী টীকা ভাষ্য পাক চাওনা ইবম্মী। থরাই য়াওবা বিদ্যার্থী অমনা পাবমার্থিক ওইবা পাওমেল মহাও হেন্না যজনা তংগে নীঙলবদি পণ্ডিত অমদি আচার্য্যশিংগী টিকা ভাষ্যশিংদু পাননবা হোৎনববদি যাম্না যগনি।

শ্রীলবিশ্বনাথ চক্রবর্ত্তীনা মীবম্নেনগী অঙাওবা কাম নত্তবা য়াম্না শেংলবা আদিবসগী (শৃঙ্গার বস) মনস্তত্ত্ববু থোইদোক হেনদোক্লা নৈনবি। প্রাকৃত জগৎ অপুম্বসে শৃঙ্গার বসগী মুংঙাইবনা লীচিং ওইদুনা পাল্লিবনি। হৌজিক কালগী সভ্যতাদদি আদি বসনা থবক পুম্নমক্কী যুম্ফমল্লি। কনাগুম্বা অমনা হেক য়েংথোক-য়েংথোকউবা মায়কৈদা আদিবসনা মক ওইবা ইথিন ওইবা উগনি। মবমসিনা যৌন-জীবন (আদিবস) হায়বসে ওইদবা পোৎ অমা নত্তে। মসি অওইবা পোৎ অমনি হায়বদো পবমার্থগী জগৎতা ফংনৈ। প্রাকৃত-জগৎকী যৌন জীবনদি (মুপা মুপী লোয়নবগী পুন্সি) প্রাকৃত নত্তবা জগৎতা লৈরিবা অদুগী মথক মখা ওন্ননা মমি তাবগুম্বনি। আদিবস অসে পরতত্ত্বদা লৈবনি। মতৌ অস্নুম্না পবতত্ত্বদা নির্ব্বিশেষ নিরাকার (শক্লাইদবা) ওইবা য়াদে। মদুগী মরম্না নিরাকারবাদী দার্শনিকশিংনা মীবম্নেনগী তুক্কচনিঙাই ওইবা যৌন জীবনবু নাকোইননা থৌগৎলী, মরমদি মখোয়না পবতত্ত্বদি নির্ব্বিশেষ

নিরাকারনি হায়না কা হেনজিন্না হায়। মতুগী ফল ওইনা প্রাকৃত নত্তবা জগৎকী ওইবা আদিরসগী বা খঙদবনা মীওইবনা ওন্ন-তৈনবা মওংগী যৌন জীবন অতুনা মরোইবে হায়না পুনরি। প্রাকৃত জগৎকী অনাবগী মশক ওইবা ফিভমদা ওইরিবা যৌন জীবনগা অপ্রাকৃত লমদমগী যৌন জীবনগা অনীসে খেন্নে।

পুক্লীং মাংদবা ভাগবত-পাবা মীবু ভাগবত-না অসুম অসুম থাঙ্গৎপীরকপনা মুক্তি (অরান খুভম) ফংবগী মপুঙ ফাবা ৱাংলেন-ৱাংবা মতাঙ অদু কাওবা কাবা ঙমহনগনি। প্রাকৃত ওইবা থবক ময়ামগী গুণ অদুদু লাম্থোকপসু ভাগবত-না ঙমহনগনি। প্রাকৃত ওইবা থবকশিংদি মহৈ চানীংবা থবক (সকাম কর্ম্ম), মায়াবাদীগী জ্ঞানমার্গদা চৎপা অমসুং ভগবান্না শিক্ষা পিদুনা লৈবা বেদদা য়াওরিবা লাইয়ামশিংবু ইড়াৎ পূজা তৌবা অসিনি।

শ্লোক ২

**ধর্ম্মঃ প্রোজ্ঝিত-কৈতবোঽত্র পরমো নির্ম্মৎসরাণাং সতাং**
**বেদ্যং বাস্তবমত্র বস্তু শিবদং তাপত্রয়োন্মূলনম্।**
**শ্রীমদ্ভাগবতে মহামুনিকৃতে কিংবা পরৈরীশ্বরঃ**
**সদ্যো হৃদ্যবরুধ্যতেঽত্র কৃতিভিঃ শুশ্রূষুভিস্তৎক্ষণাৎ ॥ ২ ॥**

শব্দার্থ

ধর্ম্মঃ—ধর্ম্ম, থৌ, প্রোজ্ঝিত—মপুঙ ফানা লংশেল্লবা; কৈতব—লৌনম, (প্রোজ্ঝিত কৈতব—থবক্কী মহৈ মপুঙ ফানা চানিংদবা); অত্র—মফমসিদা, পরমঃ—পুঙথোই থোইরবা, ৱাংলেন ৱাংবা; নির্মৎসরাণাং—অতোপ্পগী নুংঙাই-য়াইফবা উবদা কল্লক-মিহৌবা লৈত্রবশিংগী, (থম্মোয়দা অমকপা মচেৎ অমতা য়াওদ্রবা); সতাং—সাধুভক্তশিংগী, বেদ্যম্—খঙনঙাই ওইরবা; বাস্তবম্—( পরমার্থগী ওইবা ) অশেঙবা, অত্র—মফমসিদা, বস্তু—পোৎ, শিবদং—মঙ্গল পীনবিবা; তাপত্রয়—মৈচাক অহুম; উন্মূলনম্—মক ফংনা ফুকপা, (তাপত্রয় উন্মূলনম্—সংসাবগী মৈচাক অহুমগী মক ফুকপা ; শ্রীমদ্—ফজরবা; ভাগবতে—ভাগবত পুরাণদা; মহামুনি কৃতে—মহামুনিনা লেংলম্বা, কিং—কবি, বা—কান্নবা, পবৈঃ—অতৈ অতৈনা (অতোপ্পা শাস্ত্রনা), ঈশ্ববঃ—ঈশ্বব; সদ্যঃ—খুদক্কা, হৃদি—থম্মোয়দা; অবরুধ্যতে—ফাদুনা লৈ; অত্র—মফমসিদা; কৃতিভিঃ—সাধুভক্তশিংনা; শুশ্রূষুভিঃ—নাকোংনা তানিঙবশিংনা; তৎক্ষণাৎ—খুদক অদুদ ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহামুনি ব্যাসদেবনা লেংলবা শ্রীমদ্ভাগবত অসিদা কলক-যেংথি-চেন্দবা শেংলবা থম্মোইগী সাধুশিংনা চংকদবা মপুঙ ফানা মহৈ চানীঙবগী ৱা যাওদবা পরম ধর্ম্ম (পুঙথোই থোইবা ধর্ম্ম) চপ চানা তাক্লি। শ্রীমদ্ভাগবত অসিদগী সংসাব-মৈচাক অহুমগী মক ফুক্তোকপা অমসুং পরম মঙ্গলগী মশক ওইবা অশেঙবা পোৎ অদু খঙবা ঙম্মী। অতোপ্পা শাস্ত্রগী মপান্না (হায়বদি অতোপ্পা শাস্ত্রনা তাকপা সাধনশিংনা) ঈশ্বরবু খুদক্কা থম্মোইমুঙদা থিন্দুনা থম্বা ঙম্বরা ? (হায়বদি ঙমদে) তৌইগুম্বসুং কৃতী (তৌজমল ফংলবা) ভক্ত-শিংনা শ্রীমদ্ভাগবত অসিবু নাকোঙনা তানীংলবদি তাবা হেক হৌবদগী মখোয়গী থম্মোইনুংদা ঈশ্বরবু থিন্দুনা লৈহনবা ঙমে।

নৈনবোল

ধর্ম্মদা মক ওইবা বিষয় মবিথক য়াওবি, মখোয়হৃদি—ধর্ম্ম (পুকচেল শেংনা তৌবা থবক), অর্থ (লুপ্পুম চাওখৎপা), কাম (ইন্দ্রিয় পেলহনবা), ইবোই লোইবদা মোক্ষ (সংসার মায়ালাংদগী লাম্থোকপা)।

ধর্ম্ম য়াওদবা পুন্সিদি চাওখত্তবা ফিভমনি। তশেংবমক হায়রগদি, মীওইবগী পুন্সি হৌবদি ধর্ম্ম চৎপা হৌরগনি। চাবা, তুম্বা, কিবা অমস্তুং লাবা-অমোম চীল্লোক্লবা হায়বসি শা-ঙাগী লীচৎ মরিনি। হায়রিবা লীচৎ মরিসি শা-শনগুম্ মীওইবস্তু মচৎলী। তৌইগুম্বস্তুং ধর্ম্ম হায়বসিদি মীওইবশিংগী তোপ-তোপ্পা মথৌ অমনি। ধর্ম্মবু য়াওত্রবদি মীওইবগী পুন্সিদি শাগী পুন্সিগা মান্নরে। মরমসিনা মীওইবগী সমাজদা মশাগী শক খঙনবা (আত্মা-উপলব্ধি তৌনবা) অমসুং ঈশ্বরগা মীওইবগা অনীগী নিত্য ওইনা লৈরবা সম্বন্ধ (মরী) তাক্লবা ধর্ম্মগী মওং অমদি লৈরিবনি।

মীওইপোক্কী সভ্যতাগী অনেম্বা থাক্তা প্রকৃতিবু খুত্থম চল্লবগী তত্তনা হিদাল্লবগুম তান্নে, হায়বদি ৱাহৈ অমরোমদা হায়রগা, ইন্দ্রিয়শিং পেলহন্নবা হোৎনবদা তত্তনা হিদান্নরি। মসিগুম্বা ৱাখন্দা লুপ্পদগী মীওইবনা ধর্ম্মরোমদা মায়ওনস্লি। মতৌ অসুম্না ধর্ম্মগী ওইবা থবক কয়া প্রাকৃত ওইবা পোৎ ফংনবগী-দমক মীওইবনা পাঙথোকই। অত্থবু প্রাকৃত ওইবা পোৎশিংসি অতৈ পাম্বৈনা ফংবা ঙম্লবদি ধর্ম্মগী ৱাদি আ-লাপ্পা থমদোকই। হৌজিক কালগী সভ্যতাদা লৈরিবা ফীভমদি অসিমক্তি। মীওইবশিংসে লম্বুমগী মায়কৈদা য়াম্না চাওখৎলক্তি, মরমত্থনা হৌজিক মখোয় ধর্ম্মগী ৱাখন্দা য়াম্না থৱাই য়াওশন্দে। গীর্জা, মসজিদ্ অমসুং মন্দিরশিংদি মীতিন্দবা মফম ওইরে। মীশিংনা মখোয় মখোয়গী মপা মপুশিংনা শারম্বা ধর্ম্মগী মফমদদি পুক্লীং চঙদত্থনা পোৎ-শাফম কারখানাদা, দোকান্দা অমসুং সিনেমাদনা থোইনা হেন্না পুক্লীং চঙথ্রে। মসিনা অওইবা প্রমাণ ওইনা তাক্লিবদি ধর্ম্ম চৎপনি হায়ত্থনা চৎনরিবসে শেল-থুম ফংবগী আশাদা ঙাক চৎলে। ইন্দ্রিয়শিং পেলহন্নবগীদমক শেল-থুম তানগদবনি। অয়াম্বা মতমদা কনাগুম্বনা ইন্দ্রিয় পেন্নবা হোৎনবদা মায়থীরবা মতমদা মোক্ষগী (সংসারদগী লাম্থোক্লবগী) লম্বী মায়কৈ পাংলকই। (অত্থদগী ভগবানগা অমতা ওইনা তিন্নবা হোৎনখৎলকই)। মরমত্থনা হায়রিবা ফীভম পুম্বসে ইন্দ্রিয় পেন্নবগী তৌবা থৌওং মখল মখল্লি।

বেদদা, মথক্কী পুরুষার্থ মখিসি বিধি নিয়ম কক্না তৌগদবনি হায়না তাক্লি, করিনা মত্থম তৌরবদি ইন্দ্রিয় পেন্নবগীদমক মবম চাদনা হিদান্নবা তৌবোই। তৌইগুম্বস্তুং শ্রীমদ্ভাগবত অসিদি ইন্দ্রিয় পেন্নবা থৌদোশিংগী ৱাংমদা লৈবনি। লাইরীকসি কলক খম্বন য়াওদবা ইন্দ্রিয় পেনবা পামদ্রবা ভগবদ্ভক্তশিংতনা খঙগদবা পারমার্থিক সাহিত্যনি। প্রাবৃত জগৎনিদদি শাগা শাগা, মীগা মীগা, সম্প্রদায়গা সম্প্রদায়গা অমসুং জাতিগা জাতিগা কন্না অথোই অহেন ফংনবা হিদান্নৈ। তৌইগুম্বস্তুং ভগবানগী ভক্তশিংদি হিদান্নবগী থবকসিদা নাচুংবিদে। মখোয়দি সংসারীশিংগা হিদান্নরুবা লৈত্রে, মরমদি নিত্য ওইবা অমসুং আনন্দময় ওইবা পুন্সি লেল্লনবা পরমেশ্বর ভগবানগী নাক তান্না হন্নবা লম্বীদা মায়ওনখরে। অসিগুম্বা পরমার্থবাদী ভক্তশিং কল্লক-খম্বনবা পুকচেল চেন্দ্রে অমসুং থম্মোই শেংনা লৈরে। প্রাকৃত জগৎসিদা মী খুদিংমক মী খুদিংমক্কা কল্লব-খম্বন্নৈ, মবম অত্থনা অমনা অমদগী হেনগে হায়ত্থনা হিদান্নৈ। পরমার্থবাদী ভগবদ্ভক্তশিংদি কল্লব-মিহৌবা য়াওদবদা নত্তনা মীপুম খুদিংগী য়াইফনবা নীঙভী। মখোয়না ভগবান্না কেন্দ্র ওইনা থম্বা হিদান্নদবা সমাজ অমা লিংনবা হোৎনৈ। হৌজিক ঐখোয়না থেংনরিবা সমাজবাদীশিংনা চৎলিবা হিদান্নদবা সমাজনি হায়রিবসি অওইবা নত্তে তৌশন্নবনি, মরমদি সমাজবাদী রাষ্ট্রশিংদা ডিক্টেক্তর ওইবগীদমক মহৈ মহৈ হিদান্নৈ। বেদগী মিৎয়েং মতুং ইন্না হায়রগসু অমসুং সধারণ মীয়াম্না তৌনরিবা থৌদো য়েংলগা হায়রবসু ইন্দ্রিয় পেলহনবা হায়বসিনা প্রাকৃত জীবনগী য়ুমফম্লি। বেদনা লম্বী অহুমথক তাক্লি। লম্বী অমনা (পৃথিবীদগী) হেন্না মুংঙাইবা গ্রহ লোকশিংদা কাখৎনবগী থবক তাকই। হায়রিবা মখল মখাগী দেব দেবীগী লোকশিংদা লৈরুবা ফংননবা দেব দেবীশিংবু ইড়াৎ পূজা তৌবগী লম্বী অমসু তাক্লি। লম্বী অমনা পরতত্ত্ববু উপলব্ধি তৌরগা (খঙলগা) মঙোন্দা তিন্দুনা অমতা ওইখিনবা লম্বীনি।

পরতত্ত্বগী নির্ব্বিশেষ স্বরূপ-না পুঙরাং ৱাংবা স্বরূপ নত্তে। নির্ব্বিশেষ স্বরূপ অদুগী মথক্তা পরমাত্মা স্বরূপ অমসু লৈ। মদুগীসু মথক্তা পরতত্ত্ব ভগবান লৈ। শ্রীমদ্ভাগবতম্না সবিশেষ (সাকার) স্বরূপ-তা লৈবা পরতত্ত্বগী ৱা তাক্লি। শ্রীমদ্ভাগবতম্ অসি নির্ব্বিশেষ-বাদীশিংগী লাইরিকশিংদগী হেন্না ৱাংবনি অদুগা বেদগী জ্ঞানকাণ্ড বিভাগতগীসু হেন্না ৱাংবনি। লাইরিকসে কর্ম্মকাণ্ড বিভাগতগী হেন্না ৱাঙঙী অদুগা উপাসনা কাণ্ড ( লাইখুরুম্বা ) বিভাগতগীসু হেন্না ৱাঙঙী। মরমদি শ্রীমদ্ভাগবতম্ অসিনা পরমেশ্বর ভগবান শ্রীকৃষ্ণবু লাংনবগী নিংনবগী পাওতাক পীরি। কর্ম্মকাণ্ডদা ইন্দ্রিয়গী মুংঙাইবদো অমুক হেন্না মুংঙাইবা অমা ফংনবগীদমক স্বর্গ লোব নিংদা লৈরুনবগী হিদায়বগী ৱা য়াওরি। অসিগুম্বা হিদায়বগী ৱাসে জ্ঞানকাণ্ড অমসুং উপাসনা কাণ্ডদসু য়াওরি। মখোয় পুম্নমকসিদগী শ্রীমদ্ভাগবত অসিনা মথক খোংবনি। মরমদি তত্ত্ব পুম্নমক্কী মরু ওইবা পরতত্ত্ব অদু তাকই। শ্রীমদ্ভাগবতম্দগী পরতত্ত্ব ওইবা পোৎকা লোয়ননা অতৈ তত্ত্বশিংগী ৱা ঐখোয়না খঙবা ঙম্মী। মচি ওইবা বস্তু (পোৎ) হায়বসি পরতত্ত্ব পরমেশ্বর ভগবান্নি অদুগা খোরক্লিবা পুম্নমক পরতত্ত্বগী শক্তিগা মরী লৈনবা মশক ঙাক্লি।

পরতত্ত্ব কৌবা বস্তু (পোৎ) অসিদগী করিগুম্বা অমতনা তোঙান-তাদে। অদুবু মতম অমতদা শক্তিশিংদি বস্তুদুগা খেন্নৈ। হায়রিবা ভাবসে ওন্না তৈনবা ভাব নত্তে। 'জন্মাদি অস্য' হায়বা সূত্রনা হৌবা শ্রীমদ্ভাগবতম্না ময়েক লানা বেদান্ত সূত্রগী দর্শন-বাদ - মতম অমতদা অমতসু ওইবা অদুগা তোঙানসু তাবা—হায়বসে ফোঙদোকই।

ভগবানগী শক্তিদি মতম অমতদা ভগবানগা অমতনি অদুগা তোঙানসু তাই হায়বা খঙনবসিনা শক্তিবু পরতত্ত্ব ভগবান্নি হায়না লৌগদবগী হোৎনরিবা জ্ঞান মার্গগী মীতাশিংনা হোৎনরিবা অদুগী পাও-খুম্নি। ভগবানগা মহাক্কী শক্তিগা অমতসু ওইবা অদুগা তোঙান্নসু লৈ হায়বা ৱাসিবু চপ চানা খঙলবা মীদুনা অদ্বৈতবাদ অমসুং দ্বৈতবাদ অনীসি মপুঙ ফাবা ৱাফম নত্তে হায়বা উগনি। মতম অমতদা ওইরিবা ভেদাভেদ (খেন্নৈ-খেন্নদে) হায়বা অসিদা যুক্ষম ওইরগা দিব্য-জ্ঞানগী মায়কৈয়োমদা চাওখৎপা তাল্লিবা মীদুনা থুনমক সংসার-মৈচাক অহুমদগী লাম্থোক্কনি। সংসারদা লৈরগা ফংলিবা মৈচাক (ত্রিতাপ) হায়বদি অসিনি—১) পুক্নীং অমসুং হকচাঙদগী ওইরকপা মৈচাক (আধ্যাত্মিক), ২) জীব অতৈনা পীরকপা মৈচাক (আধিভৌতিক তাপ), ৩) মহৌশা কৌবীনা পীবা মৈচাক (আধিদৈবিকতাপ)। মহৌশা (প্রকৃতি) অসিবু কনামতনা খুদুম চনবা ঙমদে। ভক্তনা পরমেশ্বর ভগবানদা মশাবু কখোকপা হায়বদি শরণাগতিনা শ্রীমদ্ভাগবতগী শৈহো ওইরিবনি। ভক্তদি মহাকসে পরতত্ত্ব ভগবানগা অমতনি অদুগা মতম পুম্বদা ভগবানগী মনাইনি (দাসনি) হায়বসে মপুঙফানা খঙঙী। সংসারী ওইবগী ৱাখল্লনা মী অমনা মশাবু মানা উরিবা পুম্নমক্কী মপনি হায়না শেরান্নবা থল্লী, মরমদুনা মহাকপু পুন্সিগী মৈচাক অহুম্না অরাবা পীরিবনি। অদুবু মহাক্কী অওইবা স্বরূপ তি ভগবানগী মনাইনি হায়বা ৱাসে হেক খঙবা খুদক অদুমক্তদা মহাক মৈচাক অহুমদগী লাম্থোকপা ঙমগনি। জীবনা প্রকৃতিবু খুদুম চনগনি হায়না হোৎনরিবা মতমগী মখৈ পরমেশ্বর ভগবানগী মনাই ওইবা হায়বদুদি ওইখোক্তবনি। কনাগুম্বনা মাগী আত্মাগী স্বরূপ অশেঙবদু খঙলবদদা ভগবানগী সেবা তৌবা ঙমগদবনি, ভগবদ-সেবাগী মপান্না মহাক সংসার মায়া লাংদগী লাম্থোকপা ঙমগনি।

অসি পুম্নমক্কী মথক্তা, শ্রীমদ্ভাগবতম্ অসি শ্রীব্যাসদেবনা বেদান্ত সূত্রগী লন্নাই তৌবা ভাষ্য অমনি। মহাক্কী দিব্য ওইবা পুন্সিনা মপুঙ ফানা মুল্লবা মতমদা শ্রীনারদ মুনিগী কৃপাদগী ইখিবনি। শ্রীব্যাসদেবসে পরমেশ্বর ভগবান নারায়ণগী অংশঙবা অবতারনি। মরমসিনা মহাক্কা হায়বদা করিমতা খেৎনঙাই লৈত্তে। মহাক বৈদিক সাহিত্য অতৈগীসু গ্রন্থকারনি, অদুম ওইনমক অতৈ অতৈদুগী মথক্তা শ্রীমদ্ভা-গতবম্সি পাদুনা নৈনগদবনি হায়না মহাক্কা হায়। পুরাণ অতৈদা য়াওবিবদি দেবতাশিংবু ( লাইশিংবু )

করম্না ইড়াৎ-পূজা তৌগদগে হায়বগী মরোল ঙাক্তনি। তৌইগুম্বসুং ভাগবতম্দদি পরমেশ্বর ভগবানদমক পল্লি। পরমেশ্বর ভগবান্না হকচাঙ মপুম ওইরগা দেবতাশিংত্বনা হকচাঙত্বগী কায়াৎ ময়াম্লি। মরমসিনা পরমেশ্বর ভগবানবু পূজা তৌরগদি দেবতাশিংত্ববু অমুক তোঙাম্না পূজা তৌত্রবসু য়ারে। ভগবান্না খুদক্তা ভক্তগী থম্মোই-লকান্নুংদা থিন্দুনা লৈবি। শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা শ্রীমদ্ভাগবতম্সে দোষ লৈত্রবা পুরাণ নি হায়না হায়বিরম্মী অদুগা পুরাণ অতে পুম্নমক্তগীসু খেম্নে হায়রম্মী।

দিব্য ওইবা (মীরম্নেনগী নত্তবা) ৱা অসি লৌশিন্নবা চপ চাবা নিয়মদি নোল্লুক্তা দিব্যবাণীসিবু তাবা হায়বসিনি। য়েৎনিংবা পুকচেল চেল্লগদি দিব্যবাণীসে খঙবা ঙম্মোই। থোইদোকপা ৱাহৈ অমা অচুম্বা লমজিং ৱাহৈ ওইনা শ্লোকসিদা য়াওরি। মত্তুদি 'শুশ্রূষু' (তানিঙবা) হায়বা শব্দসিনি। দিব্যবাণী অসিবু তাবগীদমক য়াম্না খোৱাংগদবনি। থম্মোই শেংনা তানিঙবা হায়বসিনা অধিকারীগী অহানবা গুণ ওইগদবনি।

লাইবক ফবা ৱাৎপা মীতানা শ্রীমদ্ভাগবতম্সিবু তাগে হায়বগী থৱাই য়াওবা হায়বত্তু করিমতা ওইদে। নিয়মদি য়াম্না চম্বনি, অদুবু নিয়মত্তু চৎপদনি লুরিবদি। মরায়বক থীবা মীশিংনা সমাজগী রাজনীতিগী ওইবা অরেম্বা ৱারী ৱাতাই শাবগীদমক্তি মতম ওক্নবা ফংঙী, তৌইগুম্বসুং শ্রীমদ্ভাগবতম্ শ্রবণ তৌনবগীদমক ভক্ত ময়াম তিনবদা য়াওরনবা বার্ত্তোন তৌরুবদা মখোয় খঙহৌদনা য়াওনিংদে। কনা কনাগুম্বা ভাগবত পাঠ তৌবনা শিন্নাইরিবা মীতাশিংনা পরমেশ্বর ভগবানগী লীলাগী অথ,প্রা মতাঙত্তু পাঠ তৌত্তুনা শ্রবণ তৌহনগদবগী হোৎনৈ; অদুগা মখোয়না মতাঙত্তুবু যৌন-সাহিত্যগুম ব্যাখ্যা তৌবগুম তৌই। শ্রীমদ্ভাগবতম্ শ্রবণ তৌগে হায়রবদি মকোক ঙহৌবদগী তাগদবনি। লাইরিকসিগী রস চুম্নদা মতিক চাগদবা মীতাদি কনা কনানো হায়বা শ্লোকসিদা তাক্লি মত্তুদি— সৎকর্ম্ম (অফবা থবক) য়াম্না তৌরবা মতুংদদা শ্রীমদ্ভাগবতম্ শ্রবণ তৌবগী মতীক চাবা অধিকারী ওইগদবনি। বুদ্ধিমান্ ওইবা অদুগা হাংল চুম্না খল্লবা মীনা শ্রীমদ্ভাগবতম্বু শ্রবণ তৌরগা পরমেশ্বর ভগবানবু হকথেংননা ফংগনি শোয়রোই হায়না মহামুনি ব্যাসদেবনা তশেংনা হায়রি। বেদশিংদা তাক্লিবা ভগবদ্-তত্ত্বভূতিগী মতাঙ মতাঙশিংদু তোঙান তোঙান্না ফংগে তাল্লুত্রবসু শ্রীমদ্ভাগবতকী মপাওসি লৌশিন্নগে হায়না হুক য়াদদা য়ারিবা মীত্তু পরমহংসগী পদবী খুদক্তা ফংগনি।

### শ্লোক ৩

**নিগমকল্পতরোর্গলিতং ফলং শুকমুখাদমৃতদ্রবসংযুতম্।**
**পিবত ভাগবতং রসমালয়ং মুহুরহো রসিকা ভুবি ভাবুকাঃ॥ ৩॥**

#### শব্দার্থ

নিগম্—বৈদিক সাহিত্য; কল্পতরোঃ—অপাম্বদা পীবা পামেলগী; গলিতম্—মমুন-ফারবা; ফলম্—উহৈ; শুক—শ্রীমদ্ভাগবতম্গী অহানবা বক্তা শ্রীল শুকদেব গোস্বামী; মুখাৎ—চীনবান্দগী; অমৃত—অমৃত; দ্রব—মপং হায়ফেৎ ওইরগা মেংবা অদুগা লায়না য়োংপা য়াবা; সংযুতম্—মায়কৈ শুনা য়েংবদা মপুঙ ফারবা; পিবত—থকউ, মহাও অঙ্ক; ভাগবত—ভগবানগা মতম চুম্নগী ওইনা লৈনরিবা মরমদা নৈনবা লাইরিক; রসম্—(মহাও তনঙাই ওইবা) মহী; আলয়ম্—অরান খুভম ফংত্রিবা ফাওবা, নত্রগা অরান খুভম ফংলবা ফীভম ফাওবা; মুহুঃ—মতম পুম্বদা; অহো—হো; রসিকাঃ—রস পুম্বগী জ্ঞান লৈরবা; ভুবি—মালেমদা; ভাবুকাঃ—হৈ-শিংলবা অমসুং ৱাখল লৈবা।

## মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হো হৈশিংলবা অমসুং ৱাখল-লৈবশা, বৈদিক সাহিত্যগী কল্পতরুগী অমূনবা উহৈ ওইবিবা শ্রীমদ্ভাগবতম্সে মহাও তংঙু। মসি শ্রীশুকদেব গোস্বামীগী চীনবান্দগী থোরকপনি। মরমদুনা উহৈ অসে, মাগী মীহীনা অরান খুভম ফংলবা মীতা ফাওবা য়াওনা লোয়নমক্কী হান্নবা মহাও তংনঙাই ওইদুনা লৈরবসু, অমুক হেন্না হাওবা হায়বদু ওইবে।

## নৈনরোল

শ্রীমদ্ভাগবতম্ অসিগী মাগী দিব্যগুণ লৈবা মবম্না বৈদিক শাস্ত্র পুম্নমকপু হেল্লবা অৱাংবা থাক্কী সাহিত্যনি হায়না মথক্কী শ্লোক অনীসিদা প্রমাণ চপ চানা তৌখ্রে। মসে মীবয়েনগী থোদৌ পুম্বগী অমদি মীরয়েনগী জ্ঞান পুম্বগী ৱাংমদা লৈবিবনি। নৈনবিবা শ্লোকসিদা হায়বিবদি শ্রীমদ্ভাগবতম্দি অবাংবা থাক্কী সাহিত্য ওইবদা নত্তনা বৈদিক সাহিত্য পুম্নমক্কী মমূন-ফারবা উহৈনি। ৱাহৈ অমরোমদা হায়রগনা মসে বৈদিক জ্ঞান পুম্বগী মচিনি। হায়বিবা ৱাসি মুন্না খল্লগদি অখাও কন্না অমসুং নোল্লুক্না ভাগবত শ্রবণ তৌফম থোকই। সম্মানগা পুক্নীঙ চঙবগা লোয়ননা শ্রীমদ্ভাগবতনা তাক্লিবা পড়া অমসুং মপাও অসে লৌশিনগদবনি।

বেদশিংবু কল্পতরুগা চাঙদম্নবগী মরমদি মীওইবনা খঙফম থোকপা ৱা পুম্নমক বেদশিংদা য়াওরি। মীরয়েনগী কান্নগদবা পুম্নমকনে অদুগা আধ্যাত্মিক উপলব্ধিগী ৱাহৈ লোয়নমক বেদশিংনা নৈনরি। বেদ-শিংদা য়াওরিবদি সমাজগী ওইবা, রাজনীতিগী ওইবা, ধর্ম্মগী ওইবা, অর্থনীতিগী ওইবা, লাঞ্চং-লালঙাক্কী ওইবা, অনাবদা থাগদবা হীদাক-লাংথক্কী ওইবা, রসায়নগী ওইবা, পদার্থ বিজ্ঞানগী অমদি মদুগী ৱাংমগী ওইবা বিষয় পুম্নমক অমসুং দেহগা আত্মাগা পুল্লপ লৈদুনা হিংননবগী চঙদবা য়াদবা ৱা পুস্না শীৎশীৎনা খঙনবা য়ানবা য়াওবিবনি। বিষয় ময়ামসিগী মথক্তা অমুক আধ্যাত্মিক উপলব্ধি তৌনবগী থোইদোকপা পাওতাক পাওমেনসু য়াওরি। নিয়ম কক্না তাকপা জ্ঞানগী কান্নবদি জীবাত্মাবু মথং মথং আধ্যাত্মিক ফমপাক্তা য়োনবা কাখৎহন্নবনি। খ্বাইদগী ৱাংবা আধ্যাত্মিক উপলব্ধি হায়বদুদি পরমেশ্বর ভগবানসে আধ্যাত্মিক রস পুম্বগী তুঙফম্নি হায়বসিবু খঙবনি।

প্রাকৃত জগৎতা ইহান হান্না পোকপা ব্রহ্মাদগী হৌরদুনা পীক্লেন-পীকপা ককচেং ফাওবগী মনুঙদা জীব খুদিংমক্না ইন্দ্রিয়শিংনা যংবদগী ওইরকপা মহাও জাক্তা অমা নল্লগা অমদি ফংনিঙভী। ইন্দ্রিয়শিংগী মুংঙাইবশিংবু রস কৌই। অসিগুম্না রসশিংগী মখল মথেল য়াম্মী। লাইনা পাওমেল্লকপা শাস্ত্রশিংদা মখাদা পল্লিবা রস তরানিথোইসি শীঙথাই; মদুদি ১) রৌদ্র (শাউবা); ২) অদ্ভুত (ঙকপা), ৩) শৃঙ্গার (নুপা নুপী ওইবগী নুংশিনবা), ৪) হাস্য (নোকপা), ৫) বীর (থৌবা), ৬) দয়া (চানবীবা), ৭) দাস্য (মনাই ওইবা) ৮) সখ্য (মরুপ ওইবা), ৯) ভয়ানক অকিবা ১০) বিভৎস (থুক পানবা, থুক্কৎপা), শান্ত (পুক্নীঙ মবা তপ্পা), ১২) বাৎসল্য (মমা মপা ওইবগী পুকচেল)।

রস পুম্বগী মপুম্ব প্রেম (নুংশিবা নল্লগা পাম্বা) কৌই। অহৌবা ওইনদি প্রেমগী খুদমশিংসে লুনা তৌবদা (আদব তৌবদা), সেবাদা, মরূপ শান্নবদা, মমা মপা ওইদুনা মচাবু নুংশিবদা (বাৎসল্যদা), অদুগা নুপা নুপী ওইবগী নুংশিনবদা (শৃঙ্গারদা) ফোঙদোকই। মঙাসি লৈতবা মতমদা প্রেম (নুংশিবা) অসে নাকোয়ননা অশাউবা (ক্রোধ), অঙকপদা (অদ্ভুত), ফাগী-জুগাইগী নোকপদা

(হাস্য), থৌনা ফবদা (বীর), অকিবদা (ভয়ানক), অমদি থ্বক্নৎপদা (বিভৎস) য়াওই। খুদমগী মশক ওইনা, মুপা অমনা মুপী অমগা মুংশিনবা মতমদা মতুগী রসবু শৃঙ্গার রস কৌই। অসুম্না মুংশিনবিবসিদা অকায়বা লাক্লবদি অঙকপা, অশাউবা, থ্বক্নৎপা অমদি অকিবা ফাওবনচিংবা থোক্লবা য়াই। করিগুম্বা মতমদা মী অনি মুংশিনবতু কোম্থংদদি হাৎন-শুনব-ফাওবা থোরকপা য়াই। হায়রিবা বসশিংসে মীগা মীগগী মরক্তা অমসুং শাগা শাগগী মরক্তা থোকপা য়াই। অসিগুম্বা রস মীগা শাগগী মবক্তা থোকপা উদে। মী অমগা শা-নত্তবা অতোপ্পা জাৎকী জীবগগী মরক্তসু থোক্কে। রস লৈনবসিদি জাৎ অমতদা পোকপা জীব অনিগী মরক্তদনি। জীবাত্মাশিংগী রা হায়রগা, আত্মা-শিংসে গুণলোমদা য়েংলগদি পবমেশ্বর ভগবানগা অমত ন। মবমসিনা বসশিংসে অহৌবদদি জীবা-ত্মাগা আত্মা মপূম ওইবিবা পবমেশ্বব ভগবানগা অনীগী মবক্তা লৈনবনি। জীবশিংগা অমসুং পরতত্ত্ব ভগবানগা অনীগী মবক্তা লৈনবা বসনা মপুঙ ফাবা ওই।

মবমতুনা পবমেশ্বব ভগবানবু শ্রুতিমন্ত্রশিংদা 'বস পুয়মক্কী থোবকযম্নি' হায়না বর্ণনা তৌই। কনাগুম্বা মীনা ভগবানগা সঙ্গ তৌবগা মাগী স্বরূপকী ওইবা বস অতু ভগবানগা মবী লৈনহন্নবদি জীব মহাক্তো লেপ্পমক মুংঙাইবে।

শ্রুতি মন্ত্রশিংসিনা উৎলি মতুদি—পবমেশ্বব ভগবানগা লৈনিন্নবা বস জাৎতা অমগা কোম্নবা স্বরূপ অমা জীব খুদিংগী লৈ। অবান খুভম ফংলবা মতমদদা আদি বস অসি ফংঙী। প্রাকৃত জগৎতা রস অসি শেবাম্নবা মওংদা শীজন্নে। মতুসু মতম খবদংগীনি। মতৌ অসুম্না প্রাকৃত জগৎকী রসশিংদি প্রাকৃত ওইবা মওং রৌদ্রনচিংবদা উৎলি।

মরমসিনা বস মখলসিবু মপঙফানা খঙলবা মীতনা আদি বসশিং অসি প্রাকৃত জগৎতা শেরাম্লনা উৎলবে হায়বসি খঙবা ঙম্মী। থৌদোক পুয়মক্কী যুম্ফম ওইবিবা নীতিদি বসশিং অসিনি। খঙ-হৈরবা পণ্ডিতশিংনা প্রাকৃত-নত্তবা মওংগী থাঙ্গৈশেংবা বসশিংবু মহাও তংগদবগী থিনৈ। অহৌবদা মহাক্লা পবমেশ্বরগা অমতা ওইবা পাম্মী। মতৌ অসুম্না বুদ্ধি রাৎপা সাধকশিংনা পবমাত্মাগা অমতা ওইশিন্নবগী বাখল নত্তনা অতৈ রাখল অমা লাম্বা ফংদে, অতুনা বস মথেলশিংসে মখোয়দি খঙদতুনা তোকই।

নৈনবিবা শ্লোকসিদা হায়বিবদি অসিনি – অবান-খুভমগী মতাঙদদা মহাও তংনবা প্রাকৃত-নত্তবা বসসে, শ্রীমদ্ভাগবত কৌবা লাইরিক অসিনা বৈদিক জ্ঞানগী অমুনবা উহৈ ওইবা মবম্না, লাইবিকসিদগী যংবা ঙম্মী। দিব্য ওইবা সাহিত্যাসিবু নোল্লক্লা শ্রবণ তৌনবা মথম্মোইনা পামজবা মতীক মপুঙফানা মুংঙাইবা যংঙী। তৌইগুম্বসুং পাওমেলসে অচুম্বা মফমদগী শ্রবণ তৌনবা চেকশনগদবনি। শ্রীমদ্ভাগবতম্দি অচূম্বা মফমদগী তশেংনা ফংবনি। মসি নাবদ মুনিনা প্রাকৃত-নত্তবা জগৎতগী পুরক্লগা মাগী শিষ্য শ্রীব্যাসদেবদা পীববনি। শ্রীব্যাসদেবনা অমূক মচানুপা শ্রীশুকদেব গোস্বামীদা পাওমেলসে পীখিবনি। হতুগা শ্রীশুকদেব গোস্বামীনা মহারাজ পরীক্ষিৎনা নোঙ্গাগদোবা চয়োন অমা রাৎলিঙৈদা মহাবাজ-সিদা পাওমেলসে লীথিবনি। শ্রীশুকদেব গোস্বামীদি পোকপদগী অরান খুভম ফংলবা অমা ওইনা পোক্লবনি। মহাক্তি মমাগী গর্ভদা লৈরিঙৈদা ফাওবা মুক্ত ওইখিবনি। অতুগা মহাক পোক্লবা মতুংদা পরমার্থগীদমক কন্নিগুম্বা সাধন অমা তৌরক্কে। হেক পোকপদা কনাসু অধিকারী ওইবগী গুণ চেনবদি প্রাকৃত অমদি দিব্য জগৎ অনিমক্তা ঙম্মদে। অতুবু শ্রীশুকদেব গোস্বামীদি মপুঙ ফানা মুক্ত ওইবা আত্মানিনা পরমার্থগী মায়কৈদা উপলব্ধি যংননবগী মথং মনাও নাইবা সাধন অমতা তৌখিদে। অতুম ওইনমক মহাক গুণ অহুম্বু লাম্থোক্লবা দিব্য স্বরূপ অতুদা লৈতুনা মপুঙ ফাবা মুক্ত পুরুষ ওইরবসু, বেদমন্ত্র-শকপা মুক্তাত্মাশিংনা লুনা তৌজরিবা পরমেশ্বর ভগবানগী দিব্য বস অসিনা

মহাকপু চিংশিল্লম্মী। ভগবানগী লীলাশিংদি মীরয়্নেনগী মীতাশিংবু চিংশনবদি মুক্ত ওইবা মীতাবুনা হেন্না চিংশল্লি। মহাক নির্ব্বিশেষ ওইবা য়াদে, মরমদি অপ্রাকৃত রস অসি সবিশেষ ওইবা মীতগা লৈমিন্নগদবনি।

শ্রীমদ্ভাগবতমদা ভগবানগী দিব্য লীলাশিংদো লীরি। ব্বারীস্থ মওং নাইনা শ্রীলশুকদেব গোস্বামীনা লীরি। মতৌ অস্থুন্না (ভাগবতকী) নৈনরিবা বিষয়সে মুক্তি পাম্বা মীতাশিং অদুগা ব্রহ্মদা তিনবা পাম্বা মীতাশিংস্থ য়াওনা মী পুন্নমকী থম্মোই চুই।

সংস্কৃত লোন্দা তেনব্বাবু শুক কৌই। অমুনবা উহৈ অমবু অসিগুম্বা উচেকী অঙাঙবা মচীন্দুনা চিল্লবা মতমদা উহৈদুগী মহাওদো হেঙ্গৎলি। মমূন-ফারবা বৈদিক উহৈসে তেনব্বাগা চাংদম্নবা শ্রীশুকদেব গোস্বামীগী চীনবানদগী থোবক্লে, থোবক্লিবসি মহাক্কী অহৈবা পম্বৌদগী মহাক্না তাখিবদুমক চপ চানা ভাগবতসিবু আবৃত্তি (চীনবান্না থীবা) তৌবা ঙম্বগী ভাক নত্তে, মী জাৎ পুন্নমকী থম্মোই হুবা ঙমগদবা মওংদা লাইবিকসে পুথোকপা ঙম্বগীস্থনি।

বিষয়সে শ্রীশুকদেব গোস্বামীগী চীনবান্দগী কবম্না থোকহনবগে হায়ববু নোল্লুব্বা শ্রবণ তৌববা কনাগুম্বা মপুকশেংবা শ্রোতানা খুদক্তা প্রাবৃত জগৎকী ওন্ন-তৈনরবা রসশিংদগী থেন্নরবা অপাকৃত রসশিং অসিগী মহাও তংবা ফংগনি। অমুনবা উহৈসে কৃষ্ণলোক অদুদগী খঙহৌদবমখৈ পাক থাদরকপা নত্তে। মসি গুরুশিষ্যগী পরম্পরা (মথং মথং) নাইনা অহোংবা কবিমতা য়াওদবমখৈ অদুগা মবক্তা য়েৎপা য়াওদবমখৈ য়াম্না চেকশিন্না কুমথবব্রিবনি। পবমার্থগী শিষ্য-পরম্পরা মবক্তা য়াওদবা অপঙবা মীতাশিংনা, উহৈসিবু য়াম্না চেকশিন্না পাবমার্থিক উপলব্ধিগী মতাঙ মতাঙ নাইনা পুখৎলক্লিবা শ্রীশুকদেব গোস্বামীগী মতৌদি তমদ্রবস্থ মবনাই ওইনা ব্বাংলেন ব্বাংবা পরমার্থগী রস হায়বদি রাসনৃত্য অসিবু হেক্তা খঙনবা হায়দুনা অরানবা কয়া তৌবি। বিষয়সিবু হায়বদি ভাগবতসিবু অস্থুক চেকশিন্না পুখৎলক্লবা তৌবিবা শ্রীশুকদেব গোস্বামীগুম্বা মীতাগী ব্বা খল্লগা শ্রীমদ্ভাগবতমবু খঙননবা বুদ্ধি চপ চানা ঐখোয় চেনবা তাবনি। ভাগবত নৈনবা মীশিংনা শিষ্য পরম্পবা নাইবা নিয়মসিনা তাকপদি মতুংদস্থ শ্রীশুকদেব গোস্বামীগী তশেংবা প্রতিনিধি ওইবা মীতাগী মফমদগী শ্রীমদ্ভাগবতমবু খঙনবা হোৎনগদবনি। ভাগবত পাঠ তৌফম থোক্তবমখৈ তৌরগা শেন তাল্লিবা শিন্নাইবা পাঠক অমনা শ্রীশুকদেব গোস্বামীগী তশেংবা প্রতিনিধিনি হায়বা য়াদে। পাঠকসিগুম্বগী মখৈদি মচীঙ্গাক তানবগী তৌবা মথৌনি। মবমসিনা কনাগুম্বা অমতনা শেন্দান-শিন্নাইবা পাঠক অসিগুম্বগী বক্তৃতা তারোইদবনি। অস্থুক লুপ্পবা বিষয়সি খঙনবগী থাক থাক্কী মথং মনাও চৎথগদবদু তৌদবমখৈ লাইবিকসিগী থ্ৰপ্লেন-থ্ৰুপ্পা মতাঙদু শিন্নাইবা পাঠকশিংনা মহৌশা ওইনা হেক্তা পায়খৎলি। মখোয়না মহৌশানা জগোই রাস হায়বা বিষয়দুদা ফন হেক্তা চোংশল্লী, অদুনা অপঙবা মীতাশিংনা বাসলীলাবু শেবান্ননা খঙভী। মখোয় খরনা বাসবু লমচৎ-নাইদবা পোৎতানি হায়না লৌই, অদুগা খবা অমনা মখোয়গী নাতৈ চাদবা ব্যাখ্যানা মসিবু কুপশন্দোবগী হোৎনৈ। মখোয় শ্রীল শুকদেব গোস্বামীগী খুদুং ইন্নিংদে।

মবমসিনা কবি তৌবা তাববগে হায়ববু চাননা রসসি নৈনগে হায়বা মীদি শ্রীলশুকদেব গোস্বামীদগী মথং মথং গুরুশিষ্যগী পরম্পরাদা লাকপা মীতাদগী ভাগবতকী কথা শ্রবণ তৌগদবা ওই হায়বসিনি। শ্রীলশুকদেব গোস্বামীনা ভাগবত বর্ণনা তৌবম্বদি লাইবিকসিগী মকোক্তগী হৌরম্মী, পরমার্থগী বিজ্ঞান-দা য়াম্না ব্বাংনা শঙলবা সংসারীবু পেলহন্নবা মচিং মশোল নাইনা তৌরমদে। শ্রীমদ্ভাগবতম্ অসি কয়ামুক চেকশন্না পুথোক্লম্বগে হায়ববু পুকচেল-শেংবা থব্বাই য়াওবা মী অমনা শ্রীশুকদেব গোস্বামীগী চীনবা-ম্বোদগী নম্রগা মহাক্কী অশেঙবা প্রতিনিধিদগী অমৃতগী মশক ওইবা ভাগতবসে থক্লগদা বৈদিক জ্ঞানগী অমূনবা উহৈসে খুদক্তা মহাও শঙগনি।

শ্লোক ৪

**নৈমিষেঽনিমিষক্ষেত্রে ঋষয়ঃ শৌনকাদয়ঃ ।**
**সত্রং স্বর্গায়লোকায় সহস্রসমমাসত ॥ ৪ ॥**

**শব্দার্থ**

নৈমিষে—নৈমিষারণ্য কৌবা উমংদা; অনিমিষ ক্ষেত্রে—(মিৎ উইশন্দবা) বিষ্ণুনা থোইদোক্লবা পাম্লবা লমদমদা; ঋষয়ঃ—ঋষিশিং; শৌনক-আদয়ঃ— শৌনক ঋষিনচিংবা; সত্রম্—যজ্ঞ; স্বর্গায়—স্বর্গদা ভাম্থোইরিবা প্রভুগীদমক; লোকায়—প্রভুত্থগা মতম পুম্বদা মরি লৈনরিবা ভক্তশিংগীদমক; সহস্র—লীশিং অমা; সমম্—চহী; (সহস্র সমম্—চহী লীশিং অমা); আসত—(যজ্ঞ তৌদুনা) লৈবন্মী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতম অমদা নৈমিষারণ্য কৌবা উমং মনুংদা মিৎ উইশন্দবা বিষ্ণুগী শেংলবা লমদমদা শৌনক ঋষিনচিংবা ঋষিশিংনা ভগবান অমসুং মাগী ভক্তশিংবু পেলহনগে হায়বগীদমক চহী লীশিং অমা চুপ্পা যজ্ঞ অচৌবা অমা তৌনবগীদমক তিল্লম্মী।

নৈনবোল

শ্রীমদ্ভাগবতম্‌গী ৱাহৌদোক্তি মমাঙগী শ্লোক অহুমদা হায়খ্রে। অচৌবা গ্রন্থসিগী মরু-ওইবা বিষয় উৎপা হৌরক্লে। শ্রীমদ্ভাগবতম্‌সে শ্রীলশুকদেব গোস্বামীনা তহানবা ওইনা লীখিবদো অমুক হন্না অনীশুবা ওইনা নৈমিষারণ্যদা লীখি।

থোইদোকপা ব্রহ্মাণ্ড অসিগী সৃষ্টিকর্ত্তা ব্রহ্মানা ব্রহ্মাংসিবু কোযশন্নবা কাংথোঙ (চক্র) অচৌবা অমা পুথোক্লে হায়না খনখিবগী ৱাদো বায়বীয় তন্ত্রদা হায়রি। তচৌবা চক্র অসিগী মুণ্ডা নৈমিষারণ্য হায়না খঙনবা মফম অসিদা ওইহনখি। মতৌ অসুম্না ববাহ পুরাণ-দসু নৈমিষারণ্যগী ৱা পন্দুনা অসুম্না হায়রি, মত্তুদি—মফম অসিদা যজ্ঞ তৌবগা অসুবশিংগী মপাঙ্গল ককথৎপা ঙম্মী হায়বসিনি। মতৌ অসুম্না ব্রাহ্মণশিংনা অসিগুম্বা যজ্ঞ তৌনবগীদমক নৈমিষারণ্যবু পাম্লে।

ভগবান বিষ্ণুগী ভক্তশিংনা মহাকপু পেলহন্নবগীদমক যজ্ঞ মখল পুম্নমক তৌই। ভক্তশিংনা ভগবানগী সেবাদা মথৱাই লুপশল্লী, অদুগা লৈখা তাববা (পণ্ডিত) মীশিংনা যুম্বানবদা নুংঙাইনবগী থবক্তা মথৱাই লপ্পী। ভগবদ্গীতাদা হায়রি—প্রাকৃত জগৎতা ভগবান্না পেন্নবগী মওম নত্তনা অতৈ মৱমগীদমক তৌবা থবক খুদিংনা থবক তৌবা মীদুবু সংসার মায়া-লাংদা থোইনা হেন্না থুজল্লি। মৱমসিনা থবক খুদিংমক শ্রীবিষ্ণুগী অমসুং মাগী ভক্তশিংগী পেন্নবগীদমক যজ্ঞ ওইনা তৌগদবনি হায়না শাস্ত্রনা লাউরি। মসুম তৌববদি মী খুদিংমক শান্তি ফংগনি অমসুং য়াইফগনি।

ঋষি অচৌবশিংদি মীয়ামগী ফননবগীদমক মতম পুম্বদা খোইবাঙঙী, মৱমসিনা শৌনক ঋষিনচিংবা ঋষিশিংনা লীশাং শীৎনা অচৌবা যজ্ঞ অমা তৌবগী থৌরম শীন্দুনা নৈমিষারণ্যদা তিনখিবনি। কাউজন থীবা মীওইবনা শান্তিগী অমদি য়াইফনবগী অচুম্বা লম্বী করিনো হায়বা খঙদে। অদুম ওইনমক ঋষিশিংদি অচুম্বা লম্বীদো নীঙখিনা খঙঙী। মরম অদুনা মখোয়না জগৎকী শান্তি ওইগদবা থবকশিংদু মীওইবশিংগী য়াইফনবগীদমক তৌনিঙঙী। মখোয়দি জীবশিংগী মপুক শেংবা মঙ্গল, মৱমদুনা মৱন্নাইগী খুদোংচাদবা পুম্নমক থাঙদুনা মীয়াম পুম্বগী য়াইফনবগীদমক ভগবানগী

সেবা মতম পুম্বদা তৌদ্রুনা লৈ। ভগবান বিষ্ণুসে পামেল উজাও অমনি অতুগা দেবতাশিং, মীওইবশিং, সিদ্ধশিং, চারণশিং, বিদ্যাধবশিংনচিংবা জীব পুম্নমক্না উজাওসিগী উশা-উনা ভাত্তনি। পাম্বীগী মরুদা ঈশীং হৈরগা পাম্বী অতুগী শরূক লোইনমক মচি-কারিবনি। পাম্বীদগী তোঙান তারবা উনাশিংদি ঈশীং চাইদ্রুনা হিংহন্নবা লক্ষা হোৎনদ্রুনস্থ অস্থম অস্থম কংশল্লকই। মতৌ অস্থুম্না মীওইবশিংনা পবমেশ্বর ভগবানদগী মায ওস্থোক্লবদি তোঙাম্নাবা উশা উনাশিংদা ঈশীং চাইবগা কান্নদবগুম্বনি; কনাগুম্বনা মখোয়বু ভগবানগী মায়কৈদা মমায় ওনশনগে হায়না হোৎনরুরবদি তবেস্বদা নামৎ মাঙদ্রুনা তোকচৈ।

হৌজিক-কালগী সংসার-লাংদা থুববা সমাজনা ভগবানগা সম্বন্ধ লৈবদগী থাপথোকই। নাস্তিক ওইবা লুচিংবশিংনা শীনবা থৌবাং পুম্বা খোঙথাং খুদিংদা উংতা ঘী হৈবগুম কান্নদে। অতু ফাওবা মখোয়না ভাব তাবা ঙমজদে।

যুগ অসিদদি ময়াম পুন্না হবিমাম সংকীর্ত্তন তৌবগা ভগশানগা জীবগা সম্বন্ধ লৈনৈ হায়বসে ভাব তাহন্নবা পাম্বৈনি হায়না শাস্ত্রনা হায়বি। নাম শোনবগী উপায় কবি করিনো হায়বদো ভগবান শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা নাতৈ চানা ময়ামদা উৎলমলে। জ্ঞান তাবা মীওইশিংনা তশেংনা শান্তি অমদি য়াইযবা ওইহনগে হাযববদি মহাপ্রভুনা তাকপিবম্বা পাওতাকশিং ইন্দুনা চৎবদবনি। কান্ননি হাযরিবা মবমসিগীদমক শ্রীমদ্ভাগবতমস্থ ময়ামগী মযমদা পুথোকপীবম্বনি; রাযমসি মশক মওং থোক্না শ্রীমদ্ভাগবতমগী মখাদা লাক্কদবা শ্লোকশিংনা ব্যাখ্যা তৌবক্কনি।

শ্লোক ৫

**ত একদা তু মুনয়ঃ প্রাতর্হুতহুতাগ্নয়ঃ।**
**সংকৃতং সূতমাসীনং পপ্রচ্ছুরিদমাদরাৎ॥ ৫॥**

শব্দার্থ

তে—মখোয়না (ঋষিশিংদুনা), একদা—নোংমগী মুমিংতা, তু অতুবু; মুনয়ঃ—মুনিশিংনা; প্রাতঃ—অযুক; হুত—মৈ হোৌবা, হুত-অগ্নয়ঃ—যজ্ঞগী মৈ, সৎকৃতম্—হৌনবী সম্মান, সূতম—শ্রীসূতগোস্বামী, আসীনম্—ফম্লিবা, পপ্রচ্ছুঃ—হংলম্মী, ইদম—মসিগী মবোল; (মখাদা লাক্লিবা ঙস্থুম্না), আদবাৎ—তরাম তবাম্না, লুনা তৌদুনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নোংমা যজ্ঞগী মৈ হোৌরগা অযুক্কী তৌফম থোকপা থবক তৌরগা শ্রীল সূতগোস্বামীদা ইকায় খুম্নবগা লোয়ননা আসন মথক্তা ফমহল্লগা মুনিশিংদুনা মখাদা লাকদৈরিবা বিষয়শিংগী মরমদা সম্মানগা লোয়ননা ব্রা হংখি।

নৈনবোল

অযুক্কী মতমদি লাইনীংবগী অফবা মতমনি। মহাঋষিশিংদুনা ভাগবত পাঠক অতুদা সম্মান উৎপগী ওইবা ব্যাস-আসন কৌবা অব্রাংবা আসন অমা থারম্মী। ব্যাস-আসন হায়বদি শ্রীব্যাসদেবগী আসন হায়বনি। শ্রীব্যাসদেবনা মীওইবা পুম্নমক্কী ইহান-হানবা আচার্য্য গুরুনি। অতৈ গুরুশিংদো

মহাক্কী প্রতিনিধিনি হায়না লৌনৈ। মহাক্কী প্রতিনিধি হায়বগী মরমদি প্রতিনিধি অতুনা ব্যাসদেবগী মত অতু চপ চানা উৎপা ঙম্মী হায়বগীনি। শ্রীব্যাসদেবনা ভাগবতকী কথাদো শ্রীলশুকদেব গোস্বামীদা তাকখি অমসুং শ্রীসূতগোস্বামীনা শ্রীশুকদেবদগী শ্রবণ তৌখি। শিষ্য পরম্পরা ওইনা লাকপা শ্রীব্যাসদেবগী তশেংবা প্রতিনিধি পুন্নমক গোস্বামী ঙাক্নি হায়না খঙনৈ। গোস্বামীশিং অসিনা মখোয় মখোয়গী ইন্দ্রিয় পুম্নবু খুত্থুম চল্লি অতুগা মমাঙদা হৌখিবা আচার্য্যশিংনা চৎলম্বা লম্বীদো য়োংনা চু পায়বগুম থাদোক্তে। গোস্বামীশিংদি মখোয়গী মচিং মশোন নাইনা ভাগবত ব্যাখ্যা তৌদে। মতুগী মহুত্তা মখোয়গী মাঙ-থাখিবা আচার্য্যশিংনা মখোয়দা অকায়বা করিমতা য়াওদবমখৈ তাক্লম্বতুগী মতুং ইন্দুনা য়াম্না চেকশন্না ব্যাখ্যা তৌই।

ভাগবতম্‌গী শ্রোতাশিংনা অর্থ শেংনা খঙনবা হায়তুনা ভাগবতম্‌গী বক্তাতুদা ৱাহং ময়াম হংঙী। অতুবু বক্তাতুগা শীঙনবগী পুকচেনদা ৱা হংবদি তৌহৈদে। বক্তাতুদা অমসুং বক্তৃতাগী বিষয়তুবু য়াম্না লুনা ইকাই খুম্নবগা লোয়নননা ৱাহং হংগদবনি। হায়রিবা মতৌসি ভগবদ্গীতানসু তৌ হায়রিবনি। খঙনীঙবা মী খুদিংনা চুম্বা মফমদগী পারমার্থিক ওইবা বিষয়সে নোল্লুক্লবা পুবচেলগা লোয়নননা খঙনবা তৌগদবনি। মরমসিনা ঋষিশিং অসিনা বক্তা সূত গোস্বামীদা সম্মানগা লোয়নননা ৱা হংলম্মিবনি।

শ্লোক ৬

ঋষয় উচুঃ

ত্বয়া খলু পুরাণানি সেতিহাসানি চানঘ।
আখ্যাতান্যপ্যধীতানি ধৰ্ম্মশাস্ত্রাণি যান্যুত ॥ ৬ ॥

শব্দার্থ

ঋষয়ঃ—ঋষিশিংনা; উচুঃ—হায়রম্মী; ত্বয়া—নহাক্না; খলু—চিংনবা লৈতনা; পুরাণানি—বেদশিংদা মেনখৎনবা ৱারীনা খুদম্নবা পুরাণশিং; স-ইতিহাসনি—ইতিহাসশিংগা লোয়নবা; চ—অমসুং; অনঘ—পাপ-চেন্দবা; আখ্যাতানি—শুগাইনা তাক্লবা; অপি—সু; অধীতানি—নীঙথিনা নৈনরবা; ধৰ্ম্মশাস্ত্রাণি—ধৰ্ম্মগী পুক্কিদা চাওখৎপগী খোঙথাং তাক্লবা শাস্ত্রশিং; যানি—মখোয়শিংসে; উত—হায়খি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ঋষিশিংনা হায়রম্মী—ইকাই খুম্নবগী মশক ওইরিবা হে সূত গোস্বামী, নহাক্তি পাপ অমতা চেন্দবনি। ধার্মিক ওইবা পুন্সিগীদমক খ্বায়না খঙনরবা শাস্ত্র পুন্নমক হৈবনি, অতুগা পুরাণ লোয়নমক ইতিহাস লোইনমক খঙবনি, মরমদি হায়রিবা লাইরিকশিংসে মতীক চাবা লমজিং মখাদা নহাক্তি লোয়না নৈনরবনি অতুগা (অতৈগী মফমদসু) ব্যাখ্যা তৌতুনা তাকপ্রবনি।

নৈনরোল

গোস্বামী অমনা হায়বদি শ্রীব্যাসদেবগী অশেঙবা প্রতিনিধিনা, পাপ মথল পুন্নমক্তগী অমতসু চেল্লোইদৌবনি। কলি যুগসিগী অচৌবা পাপ মরীথক্তি ১) লোম্না কুপী শম্নবা, ২) জীব হাৎপা ৩) ময়াই-কাবা পোৎ শীজিন্নবা, ৪) মথল পুন্নমক্কী জুয়া শান্নবা অসিনি। ব্যাস-আসন মথক্তা ফম্বগী থৌনা উৎত্রিঙৈগী মমাঙদা গোস্বামী অমনা হায়রিবা পাপশিংসে অমতা কাওবা তৌফদে।

লমচং মক্তবা অমদি মথক্তা হায়রিবা পাপশিংসি তৌদবা মীতবু ব্যাস-আসন মথক্তা ফমহনগদবনি। মহাক পাপশিংসে চেনদবদা নত্তনা লাইনা থারকপা বেদ শাস্ত্রশিংসু নীঙথিনা হৈগদবনি। পুরাণশিংসু বেদশিংগী শরুক্নি। মহাভারত রামায়ণগুম্বা ইতিহাসশিংসু বেদগী শরুক্নি। গোস্বামী হায়বদি আচার্য্য অমনা হায়রিবা লাইরিকশিংসে থেক-থেকপমথৈ হৈগদবনি। মীওইবনা লেংবা নত্তবা লাইনা তাক্লকপা শাস্ত্রশিংদা লৈরিবা জ্ঞান অদু নাকোঙনা তারগা অমসুং চীন্না ব্যাখ্যা তৌদুনা নৈনরগদি পুঙখঙ খঙবা ঙমগনি। নাকোঙনা তাববু 'শ্রবণ' কৌই অদুগা ব্যাখ্যা তৌদুনা শক-শোনববুনা 'কীর্ত্তন' কৌই। ধার্ম্মিক ওইবগী পুন্সিদা শ্রবণগা কীর্ত্তনগা নিয়ম অনীসে মরু ওইবা নিয়ম্নি। য়াম্না নোল্লুকপগা লোয়ননা শ্রবণ তৌদুনা অচুম্বা মফমদগী পারমার্থিক জ্ঞান চপ চানা লৌশল্লবা মীতনা বিষয়সে চপ চানা ব্যাখ্যা হায়বদি কীর্ত্তন তৌবা ঙমগনি।

শ্লোক ৭

**যানি বেদবিদাং শ্রেষ্ঠো ভগবান্ বাদরায়ণঃ।**
**অন্যে চ মুনয়ঃ সূত পরাবরবিদো বিদুঃ ॥৭॥**

শব্দার্থ

যানি—অদু পুম্বা; বেদবিদাম্—বেদ-হৈরবা মীশিংগী মরক্তা; শ্রেষ্ঠঃ—পুঙথোই থোইবা; ভগবান্—পরমেশ্বর ভগবানগী অবতার; বাদরায়ণঃ—ব্যাসদেব; অন্যে—অতৈশিং; চ—অমসুং; মুনয়ঃ—মুনিশিং; সূত—হে সূত গোস্বামী; পরাবর-বিদোঃ—বিদ্যা-হৈরবশিংগী মরক্তা সগুণ অমদি নির্গুণ ব্রহ্মগী জ্ঞান ফজনা লৈরবা; বিদুঃ—অখঙবা মা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে সূত গোস্বামী, বেদ হৈবা মীশিংগী মরক্তা খ্বাইদগী হেন্না হৈরিবা নহাক্নি। নহাক্তি ভগবানগী অবতার ওইরিবা ব্যাসদেবনা খঙবা পুম্বা খঙলিবনি; অদুগা নহাক্না সগুণ অমদি নির্গুণ ব্রহ্মগী জ্ঞান ফজনা চেন্নবা মুনি অতৈবুসু খঙলিবনি।

নৈনরোল

শ্রীমদ্ভাগবতম্সে ব্রহ্মসূত্র হায়বদি বাদরায়ণি বেদান্ত সূত্রগী মশাগী ওইবা টীকা ভাষ্যনি। মশাগী ওইফম থোকপা হায়না হায়রুবগী মরমদি ব্যাসদেবসে বেদান্ত সূত্র অমসুং শ্রীমদ্ভাগবতম্ হায়বদি বৈদিক সাহিত্য পুম্বগী সারাংশ (মচি) লেংলম্বা মীনি। ব্যাসদেব নত্তনা গৌতম, কণাদ, কপিল, পতঞ্জলি, জৈমিনি, অমসুং অষ্টাবক্র কৌবা দর্শন শাস্ত্র তক্লক লেংলম্বা মুনি অতৈসু লৈরি। ঈশ্বরবাদপু (লাই লৈ হায়ববু) বেদান্ত সূত্রদা মপুঙফানা শুগাইনা তাক্লি, অদুগা অতৈ দর্শন শাস্ত্রশিংদদি সর্ব্বকারণকারণম্ ওইবা (থোরকফম পুম্বগী থোরকফম) খন্নেন থম্বা পোৎতু সুকপন পন্দে। দর্শন শাস্ত্র লোইনমক খঙ-হৈরবা মতুংদদা খঙ-হৈবা মীদুনা ব্যাস আসন মথক্তা ফমগদবনি। করিনা হায়ববু মহাক অদুগুম্বদি অতৈ দর্শনগী মতবাদপু ককথৎলিবা ভাগবতম্গী ঈশ্বরবাদপু মপুঙ ফানা তাকপা উৎপা ঙমগনি। শ্রীলসূত গোস্বামীদি চপ চারবা ওক্সানি; মরমদুনা নৈমিষারণ্যগী মুনিশিংনা মহাকপু ব্যাস-আসন-দা কাহনথিবনি। শ্রীল ব্যাসদেববু শ্লোকসিদা ভগবান্নি হায়রি মরমদি মহাক শক্তি হাপ্লবা অংশঙবা অবতারনি।

শ্লোক ৮

**বেত্থ ত্বং সৌম্য তৎসর্বং তত্ত্বতস্তদনুগ্রহাৎ।**
**ব্রূয়ুঃ স্নিগ্ধস্য শিষ্যস্য গুরবো গুহ্যমপ্যুত ॥ ৮ ॥**

শব্দার্থ

বেত্থ—(নঙনা) ফজনা খঙভী; ত্বং—নহাক্না; সৌম্য—পূকচেল শেংনা চম্বা মী; তৎ—মখোয়; সর্বম্—পুম্বা; তত্ত্বতঃ—থাজ্জৈশেংনা, মমুং থীংনা; তৎ—মখোয়গী; অনুগ্রহাৎ—থৌজান্দগী; ব্রূয়ুঃ—হায়বি; স্নিগ্ধস্য—নোল্লুকপা অমগী; শিষ্যস্য—শিষ্যগী; গুরবঃ—গুরুশিং; গুহ্যম্—অথূপ্পা রা; অপি—সু; উত—খঙহল্লী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অদুগা নহাক্কি নোল্লুকপা মীনিনা, নঙগী গুরুশিংনা ইংনা তপ্পা শিষ্য অমদা চানবীবগুম নঙবু চানবিরিবনি। মরমসিনা মখোয়দগী নঙনা খঙলকপা পুম্ববু ঐখোয়দা লীবা ঙমগনি।

নৈনরোল

পরমার্থ থিবগী পুন্সিদা মহৈ য়াম্নবগী অথূপ্পা রাদি গুরুবু পেলহল্লগা মাগী থম্মোই শেংনা পীবা আশীর্ব্বাদ ফংলবদদা লৈবে। শ্রীল বিশ্বনাথ চক্রবর্ত্তী ঠাকুরনা গুরুগী মবমদা ইবা শ্লোক নিপান্দুদা অস্নুমা হায়বি—"ঐগী শ্রীগুরুদেবদা খুকমজরি। মহাক্না পেনবিরবদদা শিষ্য অমনা পরমেশ্বর ভগবানবু পেলহনবা ঙমগনি। অদুগা গুরুনা পেনবিদুনা শাওরবদি পারমার্থিক উপলব্ধি তৌবগী মরমদা অকায়বা থোক্কনি।" মবমসিনা শিষ্যনা মাগী অশেঙবা গুরুগী মফমদা হায়বা ইনবা অমসুং নোল্লুকপা অমা ওইগদবনি। শ্রীলসূত গোস্বামীদো শিষ্য অমা ওইনা গুণ খিবিকসে চেল্লম্মী। মবমদুনা মহাক শ্রীলব্যাসদেবনচিংবা আত্মা উপলব্ধি তৌরবা গুরুশিংনা চানবিরবা অমনি। শ্রীল সূত গোস্বামীদো অশেঙবা মতীকচাবা শিষ্যনি হায়বসে নৈমিষারণ্যগী মুনিশিংদুনা থাজরম্মী।

শ্লোক ৯

**তত্র তত্রাঞ্জসায়ুষ্মন্ ভবতা যদ্বিনিশ্চিতম্।**
**পুংসামেকান্ততঃ শ্রেয়স্তন্নঃ শংসিতুমর্হসি ॥ ৯ ॥**

শব্দার্থ

তত্র—মদুগী মনুংদা; তত্র—মদুগী মনুংদা; অঞ্জসা—লায়না খঙবা মওংদা; আয়ুষ্মন্—পুন্সি শাংবা; ভবতা—নহাক্না; যৎ—কৈনোমা; বিনিশ্চিতম্—শোয়দ্রে হায়না লেপ্লবা; পুংসাম্—মীওই-বশিংগী; একান্ততঃ—অমতংদা লেপতুনা, সিদা মঙাইবে হায়বা; শ্রেয়ঃ—অফবা; তৎ—অদু; নঃ—ঐখোয়দা; শংসিতুম্—শুগাইনা তাকপীবা; অর্হসি—মতীক ওইয়ে।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে কুইনা পুন্সিরবা (সূত গোস্বামী), নঙনা নৈন-নৈনরুবা শাস্ত্র ময়ামদুদা মীওইবশিংগী মসিনা মফরে হায়না নঙনা লেপ্লবা অদু ঐখোয়না লায়না খঙনবা মওংদা ঐখোয়দা তাকপিয়ু।

### নৈনরোল

ভগবদগীতাদা গুরু-পূজা তৌগদবনি হায়। আচার্য্যশিং অমদি গোস্বামীশিংদি লৈবাক মীয়ামগী য়াইফনবা হায়দুনা থোইদোক্লা আত্মাগী ফনবগী ৱাখল্দা মতম চুপ্পা লুপ্ত্না লৈ। আত্মাগী ফরবদি মায়িক দেহগীসু অদুম মফরকই। মরমদুনা আচার্য্যশিংনা সাধারণ ময়ামগীদমক আত্মাগী অকারমগী মরমদা পাওতাক পীনবি। কলিযুগ অসিগী মীওইশিংনা মতীক চারোই হায়বসি মাঙজোননা উরদুনা নৈমিষারণ্যগী মুনিশিংনা সূত গোস্বামীগী মফমদা ধর্ম্ম শাস্ত্র পুম্বগী সারাংশ ওইবা ৱারোল তাকপিয়ু হায়না হায়জখি, মবমদি যুগসিগী মীশিংদি মায়কৈ খুদিংদা য়েংলুবদা লৈখা তাবা ঙাক্তা ঙাইরবনি। যুগসিগী মীশিংনা লৈখা তাবগী ফীভম অদু মখাদা লীথরক্লি।

### শ্লোক ১০

**প্রায়েণাল্পায়ুষঃ সভ্য কলাবস্মিন্ যুগে জনাঃ।**
**মন্দাঃ সুমন্দমতয়ো মন্দভাগ্যা হ্যুপদ্রুতাঃ॥ ১০ ॥**

### শব্দার্থ

প্রায়েণ—মতম অয়াম্বদা; অল্প—খজিক্কুং; অয়ুষঃ—পুন্সি মতম; (অল্পায়ুষ—পুন্সি তেনবা); সভ্য—হে লাইরিক হৈবা মরক্তা য়াওরিবা নী; কলৌ—কলিগী (খংনবগী) যুগ অসিদা; অস্মিন্—অসিদা; (অস্মিন্ কলৌ—কলি অসিদা); যুগে—যুগ-তা; জনাঃ—মীয়াম; মন্দাঃ—অতনবা (ওই); সুমন্দমতয়ঃ—বুদ্ধি থেনবা (ওই); মন্দভাগ্যাঃ—লাইবক থীবা (ওই); হি—অদু পুম্বগী মথক্তা; উপদ্রুতাঃ—নৈন্থৎপিরবা, ওৎপিরবা (ওই)।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে অখণ্ড অহৈ ওইরিবা, কলি যুগসিদা মীওইবগী পুন্সিদি তেল্লি। মখোয়সি খংনগল্লি, (পরমার্থগীদমক হোৎনবদা) তল্লী, বুদ্ধি থেল্লী, লাইবক থী, অদুগী মথক্তা মতম পুম্বদা (সংসারগী) মৈচাক অহুম্না ওৎপিববনি।

### নৈনরোল

ভগবানগী ভক্তাশিংদি মতম পুম্বদা পরমার্থগী মায়কৈদা সাধারণ মীয়ামগী চাওখৎনবা হায়দুনা খোয়রাঙঙী। নৈমিষারণ্যগী মুনিশিংনা কলি যুগকী মীওইশিংগী ওইগদবা ফীভমদো শুগাইনা নৈনরম্বা মতমদুদা মীওইবশিংগী পুন্সি তেনগনি হায়বসে মাঙজোননা উরম্মী। কলি যুগ-তা পুন্সি তেনবগী মরমদি চাবা ৱাংপনা নত্তে, নিয়ম নাইদবা শা ৎ হৈনবননি। নিয়ম নাইবা শাক্তং চংলগা অমসুং অচম্বা চীঞ্জাক চারগা হকচাঙ ফনা থম্বা য়াই। কাহেন্না চাবা, ইন্দ্রিয় পেন্নবা তৌবদা কারাম্বা, অতোপ্পা মীগী কৃপা ঙায়বদা কাহেনবা, অদুগা পুন্সি মরেন্দা মহৌশাগী ওইবা শাক্তং থাদোকপনা মীওইবগী মপাক্তল মাঙহনবনি। মরমদুনা মীওইবগী পুন্সি তেনবনি।

যুগসিগী মীদি পরমার্থগী হোৎনবদদা নত্তনা চুম্নগী লম্বম তানবগী মায়কৈদসু য়াম্না তল্লী। মীওইবগী পুন্সিদি পরমার্থ হায়বদি আত্মা-উপলব্ধি তৌনবগী থোইদোকপা পুন্সিনি। হায়বদি, মীওইবনা মহাক করিনো, জগৎসিনা করিনো অদুগা পরম সত্য (পরতত্ত্ব) করিনো হায়বদু খঙবা

চুম্বনি। সংসারদা হিংনবা কন্না লাম্বেংনবদা ফংলিবা অরাবা ময়ামসি লেপহন্দুনা লেঙদবা য়ুম হায়বদি পরমেশ্বর ভগবানগী নাক য়োগে হায়বগী উপায়দি মীওইবগী মপোকসিনি। অদুবু শিক্ষাগী নীতি ফত্তবা মরমনা মীওইবশিংনা আত্মা উপলব্ধি তৌনিংদে। মখোয়না মসিগী মরম খঙলবা ফাওবদা মরায়বক থীবনা লম্বী লাল্লবা ঙাশিংগী লাংদা থুদুনা তোকই।

যুগসিদা মখল মখা অয়াম্বা রাজনীতিবাদকী লাংদা মী অয়াম্বা থুবদা নত্তনা ইন্দ্রিয় পেন্নবা হরাও কুম্মে মখল কয়াগী লাংদসু থুই। ইন্দ্রিয় পেন্নবা মরমশিংদি—সিনেমা, শান্ন-খোংনবা, জুয়া, ক্লব, মায়িক সংসারগী ওইবা লাইরিক-শঙ, যত্তবা সঙ্গ, মৈখু থকপা, য়ু থকপা, লৌনম শোবিবা, উচি-চাহোনগুম মীপোং হুবা, খংন-চৈনবা অসিনচিংবসিনি। মরম ময়ামসিদা চংবা মরম্না মতম চুপ্পা মখোয়গী মপুক্লীং ইরাঙ লাঙঙী, খোয়রাঙ খোয়শাউই। যুগ অসিদা ফৈ ফত্তে হায়বগী নাচুংন্রবা মীশিংনা লাইতাক ওইবা শাস্ত্রশিংনা য়ুম্ফম ওইদবা লন্নাইগী ধর্ম্ম-মত কয়া পুথোক্লবকই। অদুগা ঙ্য়াম্বা মতমদা ইন্দ্রিয় পেনবদা পাম্বা মীতাশিংবু অনৌবা ধর্ম্ম-মতশিংনা চিংশল্লি। অদুগী ফল ওইনা, ধর্ম্মগী নামাদা পাপকী থবক কয়া তৌবি, অদুনা মী ময়াম্না পুক্নীং লৈতাবা ঙমদে হায়বদি শান্তি ফংদে অদুগা দেহেসু কংঙী। ব্রহ্মচারীশিংবু (ছাত্র সম্প্রদায়বু) য়োক্লবা থৌরাং লৈত্রে অদুগা যুম্বানবশিংনা (গৃহস্থশিংনা) গার্হস্থ্য-আশ্রমগী নিয়ম চত্রে। মদুগী ফল ওইনা নিয়ম চংতবা গৃহস্থশিংগী মবক্তুগী থোবকপা বানপ্রস্থ অমসুং সন্ন্যাসীশিংবু অচেৎপা নিয়মগী লম্বী ইরায় লায়না থৈদোক্লনা চংলে। কলি যুগকী বাতাবরণসে ধর্ম্মবু থাজবা ঙমদ্রবা অমা ওইরে। আধ্যাত্মিক ওইবা লম্বীগী মগুণশিংদো মীওইবশিংনা পাম্নবক্তে। অসিগুম্বা মায়িক সভ্যতাবু লেঙদনা থম্নবা হায়দুনা মী-ওইবনা জাতি কাংলুপ মী কাংলুপ কয়া শেম্নবি অদুগা খুংথোক্লবা থোক্লদবা লাল্লোং অনীমক লেপ্পবমথৈ পরেং নাইনা চংথরি। হৌজিক কালগী মীওইবা সমাজগী শেবান্নবা মীৎয়েংনা মবম ওইদুনা আত্মাগী অকারম লম্বীগী মচাঙ হেনগংহনবা ঙমদরে। নৈমিষারণ্যগী মুনিশিংনা লৈখা তারবা মীওইশিংবু মায়া-লাংদগী লানথোকহনিংবনা মফমসিদা মখোয়না শ্রীল সূত গোস্বামীদগী মায়া-লাং থদংনবা পাম্বৈ হংজবম্মীবনি।

শ্লোক ১১

**ভূরীণি ভূরিকর্ম্মাণি শ্রোতব্যানি বিভাগশঃ।**
**অতঃ সাধোঽত্র যৎসারং সমুদ্ধৃত্য মনীষয়া।**
**ব্রূহি ভদ্রায় ভূতানাং যেনাত্মা সুপ্রসীদতি ॥ ১১॥**

**শব্দার্থ**

ভূরীণি—মখল মখা অয়াম্বা; ভূরি—অয়াম্বা; কর্ম্মাণি—থবকশিং; শ্রোতব্যানি—নাকোংনা তাগদবা (শাস্ত্রশিং); বিভাগশঃ—মখল মথেল খায়দুনা; অতঃ—মরমদুনা; সাধো—হে সাধু (মুনি); অত্র—অসিদা; যৎ—অদু অদু; সারম্—মচং; সমুদ্ধৃত্য—লৌখৎতুনা, খনগৎতুনা; মনীষয়া—থৌরবা বুদ্ধিদুনা; ব্রূহি—হায়ববু; ভদ্রায়—ফননবগী; ভূতানাম্—জীবশিংগী; যেন—মদুনা; আত্মা—মশামক; সুপ্রসীদতি—মপুঙ ফানা পেনবা ওইগনি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মখল মখেলময়ামগী শাস্ত্র য়াম্না লৈগ্রে অদুগা তৌগদবা থবক য়াম্না মখোয়শিংদুদা তাক্লী। থবকশিংদু মখল মখেল খায়দুনা লৈরিবা মতুং ইন্না চহি কয়া চঙনা হৈনবা তম্বা তাবনি। মরমসিনা হে মুনিদেব শাস্ত্রশিংদুগী সার (মচি) ওইবা অদুদা নঙগী থৌরবা বুদ্ধিনা খনগৎলগা জীবশিংগী মঙ্গলগীদমক ঐখোয়দা তাকপিয়ু, মদুনা মখোয়গী থম্মোয়শিংদো মপুঙ ফানা পেনজনবা (ভগবানদা মায় ওনশন্নবা)।

নৈনরোল

আত্মাদি থরাই পান্দবা পোৎ (জড় পদার্থ) অমসুং পঞ্চভূতশিংদগী তোঙাল্লি। মাগী স্বরূপতি প্রাকৃত নত্তে (দিব্যনি)। মরমদুনা জড় পদার্থগী থৌরাংনা আত্মানা পেনবা ঙমদে। শাস্ত্র পুন্নমক অদুগা পরমার্থগী পাওতাক পুন্নমকসে আত্মাগী পেন্নবগীদমক্লি। জীব মখল খরা লৈরিবসিগী মফম মতম মতুং ইন্না মখোয় মখোয়না চৎকদবা লম্বীসু মখল মখানি। মরমদুনা লাইনা তাকপা শাস্ত্রগী মশীঙসু য়াম্মী। তোঙান তোঙানবা শাস্ত্রশিংসিনা থৌরাংলোন মখল মখাগা লোয়ননা তৌফম থোকপা থবকশিংদো তাকই। কলি যুগ অসিদা জীবশিংগী লৈখা তারিবা মতৌসি খল্লগা নৈমিষারণ্যগী মুনিশিংনা হায়রম্বদি শ্রীল সূত গোস্বামীনা শাস্ত্র ময়ামদুগী মচি ওইবা ৱাদুদা তাকপিগদবনি হায়বসিনি। মরমদি যুগ অসিদা সংসারগী কোমদা পুখরবা (পতিত ওইরবা) জীবশিংনা শাস্ত্র ময়ামদুগী পাওতাক ময়ামদো বর্ণাশ্রমগী নিয়মদা ঊরাইদুনা খঙবা ঙম্বদি ওইথোক্লরোই।

আধ্যাত্মিক ওইবা ফম্বাক্তা মীওইবা জীববু কাহন্নবগী থ্বাইদগী হেনবা ধর্ম্মদি বর্ণাশ্রম ধর্ম্মনা ওই হায়না লৌনরম্মী। অদুবু কলি যুগ ওইবা মরম্না বর্ণাশ্রম ধর্ম্মগী বিধি নিয়মশিং চৎপদি ওইথোক্তরে। বর্ণাশ্রম ধর্ম্মনা হায়বা মতুং ইন্না সাধারণ মীয়াম্না মাগী মাগী ইমুংগা লৈনবা মরী থদৎপা ঙম্বসু ওইথোক্তরে। বর্ণাশ্রম ধর্ম্মবু য়েংথিবনা নমখরে। মসি খল্লুবদগী, মীচমশিংনা সংসারদগী মুক্তি ফংবদি যুগ অসিদা য়াম্না য়াম্না ৱারগনি হায়না খল্লরে। ৱাফমসি মুনিশিংনা শ্রীল সূত গোস্বামীগী মফমদা পুশল্লম্বগী মরমদি মখাদা লাকদৌরিবা শ্লোকশিংদা শুগাইনা তাক্লি।

শ্লোক ১২

**সূত জনাসি ভদ্রং তে ভগবান্ সাত্বতাং পতিঃ।**
**দেবক্যাং বসুদেবস্য জাতো যস্য চিকীর্ষয়া॥ ১২॥**

শব্দার্থ

সূত—হে সূত গোস্বামী; জনাসি—(নঙদি) খঙঙী; ভদ্রম্ তে—নঙগী মঙ্গল ওইসনু, নঙোন্দা আশীর্ব্বাদ তৌরিং; ভগবান্—ঐশ্বর্য্য তরুক্তা মপুঙফানা লৈতেংলিবা পরমেশ্বর; সাত্বতাম্—ভগবানবুদা নীঙবা ভক্তশিংগী; পতিঃ—য়োকপী শেনবিবা (বাসুদেব); দেবক্যাম্—দেবকীগী গর্ভদা; বসুদেবস্য—বসুদেবনা; জাতঃ—পোক্লবা; যস্য—মরমদুগী; চিকীর্ষয়া—পাঙথোক্লিঙদুনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে সূত গোস্বামী, নঙগী মঙ্গল ওইসনু হায়না আশীর্ব্বাদ তৌরি। করি মরমগীদমক ভগবান্না দেবকীগী গর্ভদা বসুদেবগী মপারি ওইনা পোকখিবা (আবির্ভাব ওইখিবা) হায়বদো নঙদি খঙঙী।

নৈনরোল

**ভগবানগী অর্থদি ঐশ্বর্য্য (মপু ওইবা), যশঃ (মিংচৎ), বীর্য্য (ম্থৌনা), শ্রী (ফজবা), জ্ঞান অমসুং ত্যাগ (থাদোকপা) কৌবা ভগ (লন) তরুকমক মপুঙ ফানা মাগী ওইবা সর্ব্বশক্তিমান্ পরমেশ্বর হায়বনি। মাবুদা নীঙবা ভক্তশিংবু য়োকপী শেনবি। ভগবান্না মীপুম খুদিংদা চপ মান্নবা চৎলবসু মাগী ভক্তগী মায়কৈদা থোইদোক্না মপুক্লিং থিংজিল্লি। 'সৎ' হায়বদি পরম সত্য (মথক্তা ঙায়বা অওইবা) হায়বনি। পবম সত্যগী মনাইশিংবু 'সাত্বত' কৌই। অসিগুম্বা পুকচেল শেংবা ভক্তশিংবু য়োকপী শেনবিরিবা পরমেশ্বর ভগবানবু 'সাত্বতাং পতিঃ' হায়না খঙনৈ। 'ভদ্রংতে' হায়বদি 'নঙগী মঙ্গল ওইনবা আশীর্ব্বাদ তৌবি' হায়বসিনা বক্তা সূতগী মফমদগী পরম সত্যগী মবম তানিংবনা খোয়বাংবদো উৎলি। পরমেশ্বর ভগবান ওইনা প্রভু শ্রীকৃষ্ণনা বসুদেবগী গৃহিনীগী (তালোইগী) মফমদা ঙাম্থোইবিখি (আবির্ভাব ওইখি)। পবমেশ্বব ভগবান্না আবির্ভাব তৌবগী মতীক চাবা দিব্য ওইবা ফিভমগী খুদমনি বসুদেবনা।**

শ্লোক ১৩

**তন্নঃ শুশ্রূষমাণানামর্হস্যঙ্গানুবর্ণিতুম্ ।**
**যস্যাবতারো ভূতানাং ক্ষেমায় চ ভবায় চ ॥ ১৩ ॥**

শব্দার্থ

তৎ—মতু; নঃ—ঐখোযদা; শুশ্রূষমাণানাম্ নাকোংনা তানিংলিবশিংদা; অর্হসি—(তৌফম) থোকই; অঙ্গ—হে সূত গোস্বামী; অনুবর্ণিতুম্—হৌখিবা আচার্য্যশিংগী মতুং ইন্না তাকপিবা; যস্য—মহাক্কী; অবতারঃ—অবতার (নোংগুম্বা); ভূতানাম্—জীবশিংগী; ক্ষেমায়- মঙ্গলগীদমক; চ—অমসুং; ভবায়—চাওখৎনবগীদমক; চ—অমসুং।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

**হে সূত গোস্বামী, ভগবান অমসুং মহাক্কী অবতারশিংগী মরমদা ঐখোয় শ্রবণ (নাকোঙনা তাবা) তৌনিংবনা খোযরাংলে। মমাঙদা হৌখিবা আচার্য্যশিংনা তাকপিরম্বা মবোলশিংত্থু ঐখোয়দা তাকপিয়ু। মরমদি মখোয়গী ৱারম ভাং-শক্লগা (কীর্ত্তন তৌরগা) অমসুং শ্রবণ (নাকোঙনা তারগা) তৌরগা জীবগী চাওখৎপা অমদি মঙ্গল ওই।**

নৈনরোল

**পরমসত্যগী প্রাকৃত ৱাংমগী ওইবা কথাত্থু নাকোঙনা তাবা য়াননবা ফীভমশিংদো মফমসিদা উৎলি। অহানবা ফীভমদি শ্রোতানা পুকচেল শেংবা অমদি তানিংবগী য়াম্না খোয়রাংবা হায়বত্থু ওইগদবনি। শক-খঙনরবা আচার্য্যশিংগী শিষ্য পরম্পরা মসুং-চনবা মীতনা ভাগবতম্গী বক্তা (ৱাঙাঙবা) ওইগদবনি। সংসার মায়াদা লুপ্লবা মীনা পরতত্ত্বগী ৱা খঙবা ঙম্লোই। মতীক চাবা গুরুনা তাকপিরবদদা সেবক অত্থুগী পুকচেল অসুম অসুম শেংলক্কনি। মরম অত্থুনা মী খুদিংনা পরম্পরাগী মবক্তা শিষ্য অমা ওইগদবনি। অত্থুম ওইরগা নোঙ্গুক্না লাইগী কথাদো মনাকোঙদা হাপকদবনি। শ্রীল সূত গোস্বামী অমদি নৈমিষারণ্যগী মুনিশিংগীদি ভগবানগী কথা লীবা অমসুং শ্রবণ তৌনবা ফীভমশিংসে চপ চানা লৈরবনি। মরমদি শ্রীল সূত গোস্বামীদি শ্রীল ব্যাসদেবগী পরেংদা লৈরবনি অত্থুগা**

নৈমিষারণ্যগী মুনিশিংসু পরতত্ত্বগী ৱা শ্রবণ তৌনিংবনা খোয়রাংলবা পুকচেল শেংলবা মী ওাক্তনি। মতৌ অসুম্না ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী অলৌকিক (মীওইবনা ঙমদবা) ওইবা লীলাগী বিষয়শিং, মহাক্কী অবতার, মহাক্না পোকপা, থোরকপা ( আবির্ভাব ), থুপ্পা ( তিরোভাব ), মহাক্কী মূর্তিশিং, মহাক্কী নাম ময়াম-নচিংবা পুম্বা ইলায়-লায়না খঙবা ঙমগনি মরমদি খঙনবা ফীভম পুম্বদো মখোয়গীদি শুরবনিনা। অসিগুম্বা ৱারী ৱাতাইনা পরমার্থ উপলব্ধি তৌবগী মায়কৈদা মীয়াম্সু মতেং পাংগনি।

শ্লোক ১৪

**আপন্নঃ সংসৃতিং ঘোরাং যন্নাম বিবশো গৃণন্।**
**ততঃ সদ্যো বিমুচ্যেত যদ্বিভেতি স্বয়ং ভয়ম্॥ ১৪॥**

শব্দার্থ

অপন্নঃ—লাংদা থুরবা, ফংলবা; সংসৃতিম্—শিবা পোকপা কৌবা পন্দা; ঘোরাম্—অকিবগী মশক ওইরবা; যৎ—মা; নাম—মিং; ( যন্নাম—মাগী হায়বদি বাসুদেব শ্রীকৃষ্ণগী মিংলেন ); বিবশঃ—ভাব তাদবা ওইনা; গৃণন্—শোন্দুনা; ততঃ—মতুদগী ( শিবা পোকপা নাইবা সংসারদগী ); সদ্যঃ—খুদক্তা; বিমুচ্যেত—অরান খুভম ফংঙী; যৎ—মতুবু (মিংতুবু); বিভেতি—কিয়ে; স্বয়ম্—মশামক্না; ভয়ম্—কিবা হায়বতুনা; ( স্বয়ম্ ভয়ম্—কিবা কৌবা নশামক্না )।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অকিবগী মশক ওইরিবা পোকপা শিবা হায়বতুগী লাংদা থুরবা মীওইবনা ভাব তাদ-তাদনা কৃষ্ণগী নাম শোল্ল-ফাওবদা খুদক্তা অরান খুভম ফংঙি। মহাক্কী (কৃষ্ণগী) নাম অতুদি কিবা কৌবা মশামক্না কিবিবনি।

নৈনরোল

পরতত্ব ওইরিবা বাসুদেব হায়বদি শ্রীকৃষ্ণ ইবুংঙোদি অচং-চত্ত পুংগী মবুংঙোনি। শক্তি পুম্নমক্না তিল্লবা ভগবানগী অশাওববু কিদবা কনামতা জগৎসিদা লৈতে। রাবণ, হিরণ্যকশিপু, কংসগুম্বা হিংচাবা অচৌবশিং অমসুং শক্তি য়াম্না চেনবা হিংলিবা পুম্ববু পরমেশ্বর ভগবান্না হাৎপা ওাক্তনি। সর্ব্বশক্তিমান্ ওইবা বাসুদেবনা মাগী মিংদসু মশামক্কী শক্তিতু হাপশ্রে। লৈরিবা পুম্নমক মহাক্না (বাসুদেবগা) মরী (সম্বন্ধ) লৈনৈ অতুগা মহাকসু অমতনি। কৃষ্ণগী নামতুবু কিবা (ভয়) কৌবা মশামক্না কিরিবনি হায়না শ্লোকসিদা হায়রি। মসিনা উংলিবদি শ্রীকৃষ্ণগা মহাক্কী মিংগা করিমতা খেন্নদে হায়বসিনি। মরমতুনা কৃষ্ণ-নামদি ভগবান কৃষ্ণ মশামক্না চপ মান্ননা শক্তি চেল্লি। খেন্নবা করিমতা লৈতে। মরমসিনা কনাগুম্বা অমনা খ্বাইদগী খুদোংথীবা ময়াম মরক্তা ফাওবা ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী শেংলবা মিংথৈ শোন্দুনা খুদোংচাবা ফংগনি। শ্রীকৃষ্ণগী দিব্য (প্রাকৃত) নত্তবা নাম অতু শোল্লি হায়বগী জ্ঞান তাদনা শোল্লবা ফাওবদসু নত্রগা ফীভম্না য়াদতুনা নমতুনা শোল্লবসু শোল্লিবা মীতুবু পোকপা শিবা হায়বদি সংসার মায়া লাং অতুদগী লাম্থোকপদা ভেংবাঙঙী।

শ্লোক ১৫

**যৎপাদ সংশ্রয়াঃ সূত মুনয়ঃ প্রশমায়নাঃ।**
**সদ্যঃ পুনন্ত্যুপস্পৃষ্টাঃ স্বর্ধুন্যাপোঽনুসেবয়া॥ ১৫॥**

### শব্দার্থ

যৎ—মাগী; পাদ—খোঙ থম্বাল; সংশ্রয়াঃ—চঙজরিবশিং; (যৎপাদসংশ্রয়াঃ—ভগবান মাগী খোঙ থম্বালদা চঙজরিবা মীশিং); সূত—হে সূত গোস্বামী; মুনয়ঃ—মুনিশিং; প্রশমায়নাঃ—ভগবানগী ভক্তিদা লুপ্লবা; সদ্যঃ—খুদক্তা; পুনন্তি—শেংদোকই; উপস্পৃষ্টাঃ—মনাক নক্ন বতদা; স্বর্ধুনী—গঙ্গাগী; আপঃ—ঈশিং; অনুসেবয়া—মতম কুইনা শীজিন্নবনা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে সূত, ভগবানগী খোঙ থম্বানদা চঙজরবা মতীক মগুণ লৈরবা মুনিশিংদি মখোয়গা সঙ্গ তৌরুবা মীশিংবু খুদক্তা শেংদোকপা ঙম্মী, অদুগা গঙ্গাগী জলদি তোয়না শীজিন্নরবা মতুংদদা শেংদোকপা ঙম্মী।

### নৈনরোল

ভগবানগী অশেঙবা ভক্তশিংনা শেংলবা গঙ্গা তুরেলগী লাইজদগী শক্তি চেনবা হেল্লি। মতম শাংনা শীজিন্নরবা মতুংদদা গঙ্গাজলদগী কনাগুম্বনা পরমার্থগী ওইবা ফল ফংবা ঙম্মী। তৌইগুম্বসুং ভগবানগী অশেঙবা ভক্ত অমগী কৃপানা মী অমবু খুদক্তা শেংদোকপা ঙম্মী। শূদ্র ওইনা নম্রগা মুপী ওইনা নম্রগা বৈশ্য (লল্লোন ইতিক তৌবা) ওইনা পোক্লবসু মীদুনা ভগবানগী খুয়া থম্বানদা চঙজবা য়াই অদুগা অদুম্না চঙজরবা মতুংদা পরমেশ্বর ভগবানগী নাক য়োৌবা ঙমগনি হায়না ভগবদ্গীতাদা হায়রি। ভগবানগী চরণ-খাদা চঙজবা হায়বদি শুদ্ধ-ভক্তগী মফমদা চঙজবা হায়বনি। সেবা তৌবতনা মথৌ ওইরবা শুদ্ধ-ভক্তশিংবু প্রভুপাদ নম্রগা বিষ্ণুপাদ হায়বা মিংথোন্না ঈকাই খুম্নৈ। মসিনা উৎলিবদি অসিগুম্বা ভক্তশিংসে প্রভু ভগবানগী খোঙ-থম্বানগী প্রতিনিধি (মহুৎ) ঙাক্তনি হায়না উৎপনি। মরমসিনা, কনাগুম্বা মীনা শুদ্ধ ভক্ত অমবু মাগী দীক্ষা গুরু ওইনা লৌদুনা ভক্তদুগী চরণ থম্বান-নাক্তা চঙজরবদি মহাকপু খুদক্তা শেংদোকপীগনি (পবিত্র ওইহনগনি)। ভগবানগী অসিগুম্বা ভক্তশিংবু ভগবানদা তৌবগা মান্নবা সম্মান তৌই, মরমদি ভগবান্না মখোয়দা মাগী য়োনা চেৎলবা থবক শিন্নৈ; শিন্নরিবা থবক্তি ভগবান্না মাগী নাক্তা হলহন্নীংলবা মীশিংদুবু ভক্তশিংসিনা সংসারদগী লৌখৎপী। অসিগুম্বা শুদ্ধ-ভক্তশিংবু বেদ শাস্ত্র মতুং ইন্না উপ-প্রভু (প্রভুগী ঙমথঙ) হায়না খঙনবনা হেল্লি। শুদ্ধ-ভক্ত অমগী মপুক শেংবা শিষ্য-সেবক অমনা মাগী দীক্ষা গুরুবু ভগবানগা মান্নবা খল্লে, তৌইগুম্বসুং মতম পুম্বদা শিষ্যদুনা মশামকপুদি ভগবানগী মনাইগী মনাই তোল্লবা অমনি হায়না খল্লে। মসিনি অশেঙবা ভক্তিগী লম্বী হায়বদু।

### শ্লোক ১৬

**কো বা ভগবতস্তস্য পুণ্যশ্লোকেড্যকর্মণঃ।**
**শুদ্ধিকামো ন শৃণুয়াদ্যশঃ কলিমলাপহম্ ॥ ১৬ ॥**

### শব্দার্থ

কঃ বা—কনানবু; ভগবতঃ—ভগবানগী; তস্য—মহাক্কী; পুণ্য—অফবা; শ্লোক-ঈড্য—শ্লোক-না (থাগৎ রাহৈনা) ইড়াংনমম ওইরিবা; কর্মণঃ—থবকশিং; শুদ্ধি-কামঃ—মশাগী পাপ পুম্বা চামথোকচনিংবা; ন—নত্তে; শৃণুয়াৎ—তানীঙঙী; যশঃ—মিংচৎ; কলি—খৎনগনবা যুগ; মল—অমোৎপা; অপহম্—মাঙহনবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কলি যুগ অসিগী পাপ পুম্বদগী লাম্থোক্লিংদুনা কলিগী অমোৎপবু মাঙহন-ঙম্বা ভগবানগী যশ-গাথা তানিংলোইদোবা কনা লৈগনি?

### নৈনরোল

কলিযুগ অসে মাগী খৎনগনবা লীচৎনা মরম ওইদুনা খ্বাইদগী ফত্তবা যুগ অমনি হায়নৈ। কলিযুগসি পাপকী লীচৎনা থল্লবা মরমনা শন্নামুক্তং ভাব তানদবদা লাঞ্জাও অমা হেক্তা থোক্লে। ভগবানগী শুদ্ধ ভক্তি সেবাদা লুপ্পবা, মশাগী অচৌরম পামজদবা, সকাম্ কর্ম্মগী ফল ফংনিংদ্রবা অদুগা চগংনবা দার্শনিক তর্কবু পামদ্রবা মীতাশিংনা চয়েৎনরবা যুগসিগী কলক য়েংথিনবা লাংদগী নাম্বে.কপা ওন্মী। লৈবাক মীয়ামগী লুচিংবশিংনা মন্নপ- মপাংদৌনা মুংশিনদুনা ইওনা তপ্না (শান্তিদা) হিংবা পাম্মী; তৌইশুম্বসুং ভগবানগী মিংচৎ ব্বারী নাকোওনা তাবা হায়বা ইচম-চম্বা পাম্বে অমা লৈ হায়বসিদি মখোয় খঙদে। খঙদবদগী হেন্দোক্লুনা অসিগুম্বা লুচিং বশিংনা ভগবানগী মিংচৎ ব্বারী প্রচার তৌবা থিংঙী। অমরোমদা হায়রগা অপঙবা লুচিংবশিংনা ভগবান লৈ হায়বসে পুঙয়া য়ানিংদে। ধর্ম্মগা মরী লৈনদবা রাষ্ট্রগী মিংদা, হায়রিবা লুচিংবশিংসিনা চহি খুদিংগী মখল মথাগী থৌরম (পরিকল্পনা) পুথোক্লুনা থবক পায়থরি। ভগবানগী মনাইমুবী মহৌশা কৌবী (প্রকৃতি) অসিগী লাম্বোকপদা ব্বানওাই ওইরবা লাংশিংসিনা মরম ওইদুনা চাওখৎ-থৌরাং পুম্বসি পাঙথোকপা ঙমদদুনা মতম পুম্বদা নিংবা কায়। শান্তি মিত্রতা থম্নবা মখোয়না হোৎনবা পুম্বগী মঙ্গল ওইদ্রে হায়বদু উবা ঙম্নবা মমিৎ পান্দে। অদুবু সংসারগী অপনববু করম্না লাম্বোকনি হায়বগী ইঙ্গিত নৈনরিবা শ্লোকসিনা উৎলি। তশেংবা শান্তি হায়বদু ঐখোয়না পায়বদি পরমেশ্বর শ্রীকৃষ্ণ ভগবানবু খঙননবা অমদি শ্রীমদ্ভাগবতম্‌দা লীরিবা ভগবানগী পুণ্য কর্ম্মশিংগী.দমক মহাকপু স্তব-স্তুতি তৌবগী লম্বেনদো ঐখোয়না হাংদোকপা তাবনি।

### শ্লোক ১৭

**তস্য কর্ম্মাণ্যুদারাণি পরিগীতানি সূরিভিঃ।**
**ব্রূহি নঃ শ্রদ্দধানানাং লীলয়া দধতঃ কলাঃ ॥ ১৭ ॥**

### শব্দার্থ

তস্য—মহাক্কী হায়বদি শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী; কর্ম্মাণি—দিব্য ওইবা থববশিংদো; উদারাণি—পুকচেল চাউবা উৎপগী ওইবা; পরিগীতানি—শক-শোল্লিবা; সূরিভিঃ—(নারদনচিংবা) মহাত্মাশিংন'; ব্রূহি—হায়বিয়ু; নঃ—ঐখোয়দা; শ্রদ্দধানানাং—থাজবগা লোয়ননা লৌশনগে হায়না লৈরবা; লীলয়া—শান্ননিংদুনা; দধতঃ—লৌখিবা, ওইখিবা; কলাঃ—অবতাবশিং।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাক্কী (ভগবানগী) দিব্য কর্ম্মশিং (মীওইবগা মান্নদবা থবকশিং) অদুদি পুকচেল চাউবা উৎপগীনি অমসুং নারদনচিংবা খঙ-হৈরবা মুনিশিংনা থবকশিংদুগী মরমদা শক-শোল্লি। মরমদুনা চানবিদুনা মহাক্না অবতার তৌখিবা মতম মতমদুগী ব্বারীশিংদো শ্রবণ তৌনিংদুনা থৌরাংনা লৈরবা ঐখোয়গী ইকমদা লীবিয়ু।

### নৈনরোল

খঙবা ব্বাৎপা মীতাশিংনা ভগবানদি থবক করিমতা তৌদে হায়জরবসু মহাক্তি কদৌঙৈদসু থবক করিমতা তৌদবমথৈ লৈথোকপা নত্তে। মহাক্কী থবকশিংদি পুকচেল চাউবা উৎপগী থবক ওারি। মহাক্না তৌবা প্রাকৃত অমসুং প্রাকৃত নত্তবা সৃষ্টিগী থবকশিংদি অঙকপা ওারি অদুগা মথল মথেল নাইবনি।। ভগবানগী থবকশিংদু মুক্তাত্মা ওইরবা শ্রীলনারদ, ব্যাস, বাল্মীকি, দেবল, অসিত, মধ্ব,

শ্রীচৈতন্য, রামানুজ, বিষ্ণুস্বামী, নিম্বার্ক, শ্রীধর, বিশ্বনাথ, বলদেব, ভক্তিবিনোদ, সিদ্ধান্ত সরস্বতীনচিংবা খঙ-হৈরবা অমসুং আত্মা উপলব্ধি লৈরবা মীতাশিংনা য়াম্না ফজনা বারীনৈ। প্রাকৃত অমসুং দিব্য সৃষ্টিশিং অসে ঐশ্বর্য্য (লম্বুম অমদি মতীক মঙাল), শ্রী (ফজবা) অদুগা জ্ঞান-না থল্লবা ঙাক্লি। প্রাকৃত-নত্তবা দিব্য সৃষ্টিনা অমুক হেন্না, মরমদি হায়রিবা দিব্য জগৎসে সৎ (অওইবা, লেঙদবা), চিৎ (জ্ঞান) অমসুং আনন্দ (নুংঙাইবা) হায়বসিনা পুঙথন-থনবনি। প্রাকৃত সৃষ্টিশিংদি দিব্য রাজ্যগী মথক মথা ওন্থোক্লবা মমিগুম্বনিনা মতম অকক্লনা উৎপনি, ফিজং লাইগা (সিনেমাগা) চাংদম্নবা য়াই। ওইদবা পোত্তাদা মপূক্লিং চিংশনবা য়াবা বুদ্ধি থেনবা মীতাশিংবু প্রাকৃত সৃষ্টিশিংনা শুম্মংলি। অসিগুম্বা অপঙবশিংনা অওইবা সৎ করিনো হায়বগী পাও খঙদে, অদুনা মখোয়না ওইদবা প্রাকৃত প্রকাশ (উৎপা) অসিদগী হেনবা লৈতে হায়না থল্লী। তৌইগুম্বসুং হেন্না শিংবা মীতাশিংদি ব্যাস অমদি নারদগুম্বা মুনিশিংনা লমজিংবা মরম্না ভগবানগী নিত্য (মতম পুম্বগী ওইবা) রাজ্য অদুনা হেন্না নুংঙাইবনি, হেন্নসু চাওই অমসুং সৎ-চিৎ আনন্দগী মফম্নি হায়বসে খঙঙী। ভগবানগী দিব্য কর্ম্মবু অমদি মহাক্কী দিব্য-ধাম অদুবু খঙদবা মখোয়দো করিগুম্বা মতমদা ভগবান্না অবতার তৌদুনা মতীক-ময়াই উৎপা থবক্কী মতমদা ভগবান্না চানবী, মরমদি ভগবান্না তৌরম্বা থবকশিংদুনা দিব্য ধামদা মহাক্কা লোয়নবগী নিত্য ওইবা আনন্দদো উৎপী। প্রাকৃত জগত্তা মায়া লাংদা থুরবা মীশিংবু ভগবান্না মাগী অবতার মতমগী থবকশিং উহল্লগা মাগী মফমদা চিংশল্লি। মায়া-লাংদা থুরিবা মীতা থরনা প্রাকৃত ইন্দ্রিয়শিংগী ওইদবা ওই-শাবা ঙাইহাক্কী নুংঙাইবদুদা লুপ্পুনা লৈ অদুগা প্রাকৃত নত্তবা জগত্তা অওইবা পুন্সি লেনবা য়াই হায়বদো য়ানিংদে। মসিগুম্বা বুদ্ধি রাংপা মীতাশিংবু 'কর্ম্মী' হায়বদি মহৈ-চানীঙনা থবক-তৌবা মী অমসুং 'জ্ঞানী' হায়বদি চগংনবা রাখনজাও হায়না খঙনৈ। তৌইগুম্বসুং হায়রিবা মীতা জাৎ অনিসিগী মথক্তা 'সাত্বত' নল্লগা ভক্ত হায়না খঙনবা পরমার্থী (পরম) হায়বদি পুঙথোই থোইবা পোৎ করিনো হায়ববু থিবা মীতা জাৎ অমা লৈ। হায়রিবা সাত্বত জাৎকী মীতাদি কর্ম্মী অমদি জ্ঞানীনা প্রাকৃত কর্ম্মদা মায় ওনসনবগুম ওনসনদে। মহাক্তি ভগবানগী অওইবা সেবাদা লুপ্পুনা লৈ, অদুন্না তৌরগা কর্ম্ম জ্ঞানীশিংনা খঙদবা রাংলেন রাংবা পারমার্থিক আনন্দ হায়বদু মহাক্তি ফঙঙী।

প্রাকৃত অমদি প্রাকৃত-নত্তবা জগৎ অনীমক্কী মবুংঙো মকোক ওইরিবা ভগবানগী শুমখৈ নাইদবা মথল মথেলগী তোঙান তোঙানবা শকফমগী অবতার ময়াম লৈ। ব্রহ্মা, রুদ্র, মনু, পৃথু অমসুং ব্যাসগুম্বা অবতারশিংদি ভগবানগী প্রাকৃত গুণগী ওইবা অবত্যরনি, অদুগা রাম, নরসিংহ, বরাহ অমসুং বামনগুম্বা ভগবানগী অবতারশিংদি মহাক্কী প্রাকৃত নত্তবা হায়বদি দিব্য ওইবা অবতার ঙাক্লি। ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা অবতার পুম্নমক্কী থোরকফম্নি, মরমদুনা মহাক্তি পুম্নমক্কী থোরকফমগী থোরকফম্নি (সর্ব্বকারণ কারণম্-নি)।

## শ্লোক ১৮

**অথাখ্যাহি হরের্ধীমন্নবতারকথাঃ শুভাঃ।**
**লীলা বিদধতঃ স্বৈরমীশ্বরস্যাত্মমায়য়া ॥ ১৮ ॥**

### শব্দার্থ

অথ—অসিগী তুংদা, মরমদুনা; আখ্যাহি—লীবিয়ু; হরেঃ—হরিগী; ধীমন্—হে অশিংবা; অবতার—অবতারশিংগী; কথাঃ—বারীশিং; (অবতারকথাঃ—ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা তৌখিবা অবতারশিংগী বারী ময়াম); শুভাঃ—য়াইফনবগী মশক ওইবা; লীলাঃ—থবকশিং; বিদধতঃ—তৌখিরম্বী; স্বৈরম্—মনীঙ তম্না; ঈশ্বরস্য—মপু (শ্রীকৃষ্ণ) মহাক্কী; আত্ম—মশামক্কী; মায়য়া—শক্তিনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে অশিংবা সূত, পরমেশ্বর ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী অবতার ময়ামনা মনীং তম্না মাগী যোগমায়া শীজিন্নহুনা শান্নখিবা মঙ্গলগী মশক ওইবা লীলাশিংগী ৱারীশিংদো ঐখোয়দা চানবিহুনা লীবিয়ু।

নৈনরোল

প্রাকৃত-জগৎশিংগী সৃষ্টি (শেম্বা), স্থিতি (ঙাকশেনবা) অমসুং প্রলয় (লোইশন্‌বা) তৌবগীদমক পরমেশ্বর ভগবান মশামক্না অবতার মওং লৈশিং লৈশিং লৌহুনা নোংগুমবিখি। থোইদোকপা দিব্য লীলাশিংদো য়াইফনবগী মওং ঙাক্তনি। অসিগুম্না শান্নরম্বা লীলাশিংহু উহৌবা মীশিং অমসুং দিব্য ওইবা ৱারীশিংহুবু মনাকোঙনা তারিবা মীশিং—মখল অনিসিগী মীতাশিংদি মহৈ য়ানজরবনি।

শ্লোক ১৯

বয়ং তু ন বিতৃপ্যাম উত্তমশ্লোকবিক্রমে।
যচ্ছৃণ্বতাং রসজ্ঞানং স্বাদু স্বাদু পদে পদে ॥ ১৯ ॥

শব্দার্থ

বয়ম্—ঐখোয়; তু—তৌইগুম্বস্নুং; ন—নৎতে; বিতৃপ্যাম—পেন্দুনা পোখাগনি; (ন বিতৃপ্যাম—পেন্দহুনা পোখারোই, শ্রবণ তৌনিংহুনদা লৈগনি); উত্তমশ্লোক—অমম্ববু কোকহনবা লাইশোন্ ঈশৈদা শক্ শোন্নরবা পরমেশ্বর ভগবান্; বিক্রমে—থৌনাফবগী থবক্তা; যৎ—মহু; শৃণ্বতাম্—নাকোঙনা তাজরিবা মীশিংগী; রস—মহাও; জ্ঞানাম্—খঙলিবা মীশিংগী; (রসজ্ঞানাম্—রস খঙবশিংগী, রসিক-শিংগী); স্বাদু—হাওয়ি; স্বাদু হাওয়ি; পদে পদে—খোঙথাং খুদিংদা, মীৎকুপ খুদিংদা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অমম্ববু কোকহন্-ঙম্বা লাইশোন্দা শক্-শোন্নরবা পরমেশ্বর ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী লীলাকথা নাকোঙনা তাবদা ঐখোয় করিমতা ওকপা লৈতরে। মহাক্কী লীলা শ্রবণ তৌনিংবগী রসিক ওইবা মখোয়দি মীৎকুপ খুদিংগী শ্রবণ তৌর তৌবগা থোইনা হেন্না হাউজে।

নৈনরোল

মীরয়েনগী ৱারী, উপন্যাস অমদি ইতিহাস-নচিংবগা পরমেশ্বর ভগবানগী লীলাকথাগা য়াম্না খেন্নৈ। বিশ্বব্রহ্মাণ্ড পুম্বগী ইতিহাসশিংদা ভগবানগী অবতারশিংনা তৌখিবা লীলা-কথা য়াওরি। রামায়ণ, মহাভারত অমদি পুরাণশিংসে ভগবানগী লীলাগা মরী লৈননা ইরম্বা হৌখিবা যুগশিংগী ইতিহাস ঙাক্তনি; মরমহুনা লাইব্রেরিকশিংসে হন্না হন্না পারবদা ফাওবা অমসুম নৌহুনতা লৈ। খুদম ওইনা হায়রগা—কনাগুম্বা অমনা পুস্তি চুপ্পা ভগবদ্গীতা নত্রগা শ্রীমদ্ভাগবতম্বু হন্না হন্না পাবা য়াই, অমসুম ওইনমক অপাবা খুদিংগী অনৌবা মঙাল ফংগনি। আম্নাদি গতিশীল ওই (ফমজিন্দে) অমসুংগা থরাই পান্দবা পোৎচাক্তি স্থিতিশীল ওই (ফমজিল্লি, লেঙদে); মরমহুনা মীরয়েনগী পাওদি স্থিতিশীল ওই অমসুংগা ভগবানগী দিব্য লীলাগী মপাওদি গতিশীল ওই। ভগবানগী দিব্য লীলা তানিং-খঙনিংবগী মহাও তংলবা মীশিংদি ত সিগুম্বা ৱারী ৱাতাই শ্রবণ তৌবগী পেনবা লৈতে হায়বদি ওকপা লৈতে। মীরয়েনগী ওইবা ৱা তাবদা লেথোক্লে; অমসুংগা ভগবানগী দিব্য লীলা অমদি ভক্তিগী ওইবা হীরমনদি কনাবুসু লেথোকহন্দে। 'উত্তমশ্লোক' হায়বা শব্দ সিনা উৎলিবদি মায়িক সংসারগী নত্তবা সাহিত্যদুবুনি। মায়িক সাহিত্যদি অমম্বগী মওংদনি অমসুংগা দিব্য হায়বদি প্রাকৃত নত্তবা সাহিত্যদি মায়িক সাহিত্যগা পুঙখেন খেন্নৈ। দিব্য সাহিত্যদি অমম্বগী ৱাংমদনি,

অদুগা মদুগী মঙানদি পাব পারগা বিষয়দু খঙবা হেক্কৎলক্লুনা থোইনা হেল্লা ঙানখৎলকই। সংসারদগী অবান খুডম যংলবনি (মুক্ত ওইরবনি) হায়রিবা মীতাশিংদুনা "অহং ব্রহ্মাস্মি" (ঐহাক ব্রহ্ম ওইরে) হায়বা ৱাহৈশিংসি হন্না হন্না চীন্দা থীরগা কদৌঙৈদসু পেনদে। অসিগুম্বা ওইদবনা অওইবা শাবা উপলব্ধি মতাসি মীনা হায়নৈ হায়বগী অদুক মহায়বনি। তশেঙবা মুংঙাইবগী মহাও ফংগে হায়রবদি মখোয়শিংদো শ্রীমদ্ভাগবতম্গী ৱারীশিংদা লৈশল্লকই। মখোয়দুগী মরক্তা লাইবক ফত্তবা মীতাশিংনা ময়ামগী কান্নবা য়েংদুনা থবক পায়থৈ হায়বদি বিশ্বপ্রেমদা সংসার-মায়াগা মরী লৈনবা থবক তৌই। মসিনা তাকপদি মায়াবাদ দর্শনদি মীবন্নেনগী হীরম্নি, অদুগা ভগবদ্গীতা অমসুং শ্রীমদ্ভাগবতম্গী দর্শনদি দিব্যনি (লাইরমলেনগীনি)।

শ্লোক ২০

**কৃতবান্ কিল কর্ম্মাণি সহ রামেণ কেশবঃ।**
**অতিমর্ত্ত্যানি ভগবান্ গূঢ়ঃ কপটমানুষঃ॥ ২০॥**

শব্দার্থ

কৃতবান্—তৌখি; কিল—কবি; কর্ম্মাণি—থবকশিং; সহ—লোয়নবা, রামেণ—বলরামগা; কেশবঃ—শ্রীকৃষ্ণনা; অতিমর্ত্ত্যানি—মীওইবনা ঙমদবা; ভগবান্—ভগবান্না; গূঢ়ঃ—অবোংপা (ওইনা); কপটমানুষঃ—মী নি হায়শল্লবা (ওইনা)।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

পরমেশ্বর ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা বলরামগা লোয়নননা তাইবংমী ওইনা শান্নখি, মতৌ অসুম্না শক লোৎলগা তাইবং মীওইবনা তৌবা ঙমদবা থবক য়াম্না তৌখি।

নৈনবোল

মীওইবা অমদি শা-ঙাগী মূর্ত্তিনচিংবা শাজৎ লমচৎ ঈশ্বরদা পানসনবগী নিয়মশিংদো পরমেশ্বর ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণদা পানসনবা য়াদে। তপ-জপ নিয়ম নাইদুনা য়াম্না কন্না হোৎনবগা মীনা লাই ওইরকই হায়না হৌজিক কাল অসিদা ভারতবর্ষদদি য়াম্না কন্না হোৎনরক্লি। শ্রীরাম, শ্রীকৃষ্ণ অমদি শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুবু মীওইবনা লেংবা নত্তবা শাস্ত্রশিংগী মতুং ইন্না পরমেশ্বর ভগবাননি হায়না মুনি ঋষিশিংনা পুথোক্লুম্বা অদুদা লমচৎ নাইদবা মীতাশিংনা মখোয় মখোয়গী অবতার কয়া পুথোরক্লি। ভগবানগী অবতার (শায়োন) অমনি হায়শল্লবগী থবকসি য়াম্না তৌখৎনবক্লি, থোইদোক হেন্দোক্লা বঙ্গদেশদা তৌনরি। ময়াম্না য়াবিবা মীশক অমনা যোগিক শক্তি খরদং চেল্লগা মিত্রং খরা উংলগা ময়াম্না য়াবে হায়দুনা ইরাই লায়না ভগবানগী অবতার ওইখৎলকই। ভগবান শ্রীকৃষ্ণদি অদুগুম্বা চাৎকী অবতার নত্তে। শ্রীকৃষ্ণদি মানা থোরকপা (আবির্ভাব) হৌবদগী হৌনা পরমেশ্বর ভগবান হায়বদু তশেংনা ওইবনি। মহাক্না মমানি হায়নবা অদুগী মমাংদা খুৎ মরি লোঙবা ( চতুর্ভুজ ) বিষ্ণু ওইনা থোরকখি (আবির্ভাব ওইখি)। অদুদগী মমা ইবেম্মনা হায়জবা মরম্না মহাক তাইবং মীগী অঙাং মচা অমা ওইখি অদুগা খুদক্তা মমাবু থাদোক্লুনা গোকুলদা লৈবা মাগী ভক্ত অমগী মনাক তাম্না লেঙখি। মফমদুদা মহাকপু নন্দরাজগা যশোদা মাতাগগী মচাম্পুনি হায়না লৌখি। মতৌ অদুম্না শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী বিলাস ( শায়োন ) ওইনা শ্রীবলরাম-বুসু শ্রীবসুদেবগী তালোই রোহিণীনা পোকপা তাইবংমীগী অঙাং অমা ওইনা লৌনখি। ভগবদ্গীতাদা শ্রীভগবান্না হায়রিবদি মহাক্না পোকপা অমদি তৌবা থবক (জন্ম কর্ম্ম) পুম্নমক দিব্যনি (প্রাকৃত নত্তে) হায়না হায়।

অত্থুগা লাইবক ফবা কনাগুম্বা মীনা মহাক্কী জন্ম অমসুং কর্ম্মগী দিব্য ওইবা ভাব অত্থুবু খঙজবা ঙম্লবদি অত্থুগুম্বা মীদো খুদক্তা অবান খুভম ফংঙী অত্থুগা ভগবানগী ধামদা অমূক হনজবা য়ারে। মরমসিনা ভগবানগী জন্ম কর্ম্মগী দিব্য ভাবতুবু খঙজরবদি খঙবত্থুতনা মুক্তি (অরান খুভম) ফংবগীদমক্তি পুম্-ওক ওক্লে। শ্রীমদ্ভাগবতম্দা ভগবানগী দিব্য ভাব অত্থু স্কন্ধ মপলখক্তা বর্ণনা তৌরি। অত্থুগা তরাশুবা স্কন্ধদনা মহাক্কী থোইদোক্লা শক্লাইবা লীলাশিংত্থু নৈনরি। হায়বিবা রাসে কনাগুম্বনা লাইরিকসে পারগা অত্থুম খঙগনি। অত্থুগা মসিমদি খঙজনবনা চুম্মী মত্থুদি—ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা মহাক পবমেশ্বরনি হায়বসে মমাগী তম্পাক্তা থাদক্কী অঙাং ওইরিঙৈদগী যাওবা উৎলম্মী, অত্থুনা মহাক্কী থবকশিংদি তাইবং মীনা তৌবা ঙম্বা নত্তে (মহাক্কী চহি তবেৎ শুরকপদা ভায়রিঙৈদা গোবর্দ্ধন চীঙশাং থাক্লংখি)। অত্থুগা মসিমম্ভু খঙজনগদবনি, মত্থুদি—মহাক্কী থবকশিংসিনা থোইদোকপা অমা ওইনা মহাকসে পবমেশ্বব ভগবানমক্লি হায়বা অওইবা ওইনা প্রমাণ তৌরি। মহাকপু মাগী যোগমায়াগী মতেংনা লোৎপা মবম্না মাগী মপা মমানি অত্থুগা মবী মতানি হায়বিবশিংত্থুনা মহাকপু অঙাং মীচম অমা ওইনা লৌই। মহাক্লা মীওইবনা ঙমদবা থবক (ঐশ্বর্য্য) উৎলকপদা মাগী মমা মপা অনীনা তোঙানবা অর্থদা মিৎয়েংঙী। মখোয়দো হনবা নাইদবা বাৎসল্য প্রেমদা (মচা নুংশিবগী রাখন্দা) অত্থুম মপেনজে। মতৌ অসুম তৌবনা, নৈনিষাবণ্যগী মুনিশিংনা মহাকপু (শ্রীকৃষ্ণবু) তাইবং-মী মাম্না বর্ণনা তৌই, অত্থুবু তশেংবদি মহাক পূঙঙম্-ঙম্বা পূম্-শূপ শূপ্পা পরমেশ্বর ভগবান হায়বত্থুনি।

শ্লোক ২১

**কলিমাগতমাজ্ঞায় ক্ষেত্রেঽস্মিন্ বৈষ্ণবে বয়ম্।**
**আসিনা দীর্ঘসত্রেণ কথয়াং সক্ষণা হরেঃ ॥ ২১ ॥**

শব্দার্থ

কলিম্—কলি যুগবু ( খৎনগনবগী যুগবু ); আগতম্ - লাক্লবা; আজ্ঞায়—খঙলত্থুনা, ক্ষেত্রে—লমদমদা; অস্মিন্—অসিদা; ( অস্মিন্ ক্ষেত্রে—লমদমসিদা ); বৈষ্ণবে - বিষ্ণুভক্তগী ওইরিবা; বয়ম্—ঐখোয়; আসীনা—ফম্লিবনি; দীর্ঘ মতম শাংবা, সত্রেণ—যজ্ঞ তৌবগীদমক; ( দীর্ঘসত্রেণ- মতম য়াম্না শাংনা তৌগদবা যজ্ঞগীদমক), কথায়াম্—রাবীদা; সক্ষণাঃ— অযংবা নতমদা; হবেঃ - শ্রীহরি ভগবানগী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

**কলি যুগ চঙলক্লে হায়বা খঙলত্থুনা মতম য়াম্না শাংনা ভগবান শ্রীহবিগী রাবী বিষ্ণু-ভক্তগী ওইবা মফমসিদা তাননবা ঐখোয় ফম্লিবনি অত্থুগা মতৌ অসুম্না যজ্ঞ তৌবি।**

নৈনরোল

**কলি যুগ হায়বসে সত্য, ত্রেতা অমদি দ্বাপব যুগশিংগুম্না তাম্মা শকখঙনবগী মতীক চাব। যুগ নত্তে। আত্মাবু শকখঙনবগীদমক ( উপলব্ধিগীদমক ) চহী লাখ অমা পুন্সিরম্বা সত্যযুগগী মীশিংনা মতম শাংনা কুইনা ধ্যান তৌবা ঙম্মী। ত্রেতা যুগতদি চহী লীশিং তরা পুন্সিবনিনা যজ্ঞ চাউর চাউরবা তৌত্থুনা আত্মা উপলব্ধি তৌবা ঙমৈ। দ্বাপর যুগতা চহী লীশিং অমমম পুন্সিনবনিনা ভগবান্বু পূজা তৌরগা আত্মা উপলব্ধি তৌনৈ। তৌইগুম্বসুং কলি যুগতদি মীওইবনা পুন্সিগে হায়না পুন্সির-বদা য়াম্বদা চহী চামা খক্তা ওইবনা, অত্থুগীসু মথক্তা অরাবনসু কোঙ্গায়মা লাকপা মরম্না, অখণ্ড অহৈশিংনা আত্মা-উপলব্ধিগীদমক তাকপিরম্বা লম্বীদি ভগবানগী মিংখৈ, মিংচৎ অমদি লীলাশিংবু**

নাকোঙনা তাবা ( শ্রবণ ) অতুগা শক-শোনবা ( কীর্ত্তন ) হায়বসিনি। বৈষ্ণবশিংগী ( ভগবানগী ভক্তশিংগী ) দমক লৈবিবা মফমসিদা নৈমিষারণ্যগী মুনি-ঋষিশিংনা কলি যুগগী তৌফম থোকপা সাধন অসি তৌবা হৌরম্মী। মখোয়না চহী লীশিং অমদগী হেন্দোক্লা ভগবানগী লীলা কথা শ্রবণ তৌগে হায়না শেম শারম্লে। মুনিশিংগী খুদম উবগা খঙগদবা মবমদি ভাগবতমবু চাং নাইনা শ্রবণ অমদি কীর্ত্তন তৌবতনা আত্মা শকখঙনবগী অমতা ঙায়বা পাম্বৈনি হায়বসিনি। অতৈ হোংনকুবনদি অবেম্বদা মতম মাঙহনবনি মবমদি মখোয়তুনা শক থোকপা মহৈ অমতসু পীবা ঙম্লোই। ভগবান শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা ভাগবত ধর্ম্মসি প্রচাব তৌবম্মী। ভাবতদেশদা পোকপা মীশিংনা ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী কথাসে খোইদোক হেন্দোক্লা ভগবদগীতাগী ৱাসে প্রচাব তৌবগী দায়িত্ব লৌফম থোকই হায়না মহাপ্রভুনা তাকপিবম্মী। ভগবদগীতানা তাক্লিবা ৱা পূম্বা মুন্না খঙলবা মীনা আত্মা উপলব্ধিগী মবমদা মখা তানা খঙজন্নবা শ্রীমদ্ভাগবতম্ নৈনগদবনি।

শ্লোক ২২

**ত্বং নঃ সন্দর্শিতো ধাত্রা দুস্তরং নিস্তিতীর্ষতাম্।**
**কলিং সত্ত্বহরং পুংসাং কর্ণধার ইবার্ণবম্॥ ২২॥**

শব্দার্থ

ত্বম—নহাক্না, নঃ—ঐখোযদা, সন্দর্শিতঃ—উহনবিবে, ধাত্রা বিধিনা; দুস্তবম্ লাম্থোকপদা বানঙাই ওইববা, নিস্তিতীর্ষতাম—লাম্থোক্লিংবশিংদা, কলিম্—কলি যুগবু; সত্ত্বহবম—অফবা গুণশিংবু চাং তাহল্লিবা, পুংসাম মীওইবশিংগী, কর্ণধাবঃ—হিনাও-শাবা, ইব গুম্না, অর্ণবম—সমুদবু।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

বিধিনা নোংদমবিবমাল্লে ঐখোযনা নঙবু উনবিবসে, মবমদি মীওইবগী অফবা গুণমখৈবু চাং তাহল্লিবা, লাম্থোকপদসু বানঙাই নশক ওইববা কলি যুগ অসিবু লাম্থোকনিংলিবা ঐখোয়বু সমুদ্র-বাংমা লাম্থোক্লবা হিনাও শাবা অমগুম্না লাম্থোকপিনবা হিনাও শাবিগনি হায়না খল্লে।

নৈনবোল

কলি যুগসে মীওইবশিংগীদমক্তি খুদোং যাম্না থিনঙাইনি। মীওইবগী পুন্সি হায়বসি আত্মা উপলব্ধি তৌনবগীদমক্নি, অতুবু খুদোং থিনঙাই ওইবা যুগ অসিনা শুমতুনা মীওইবনা পুন্সি পান্দম পূমকাউ কাউথোক্লে। যুগ অসিদদি পুন্সিবগী মতম অসুম অসুম হুম্থবক্কনি। মীশিংনা মখোয়গী স্মৃতি-শক্তি (নীঙশীঙবগী পাঙ্গল), কুপ্পা ফজববা পুকচেলশিং, হকচাঙগী পাঙ্গল অমদি হেন্না ফবা গুণ থিবিক অসুম তসুম চেল্লক্লবোই। যুগসিদা ৎইবগদবা ওন্ন-তৈনবশিংতুগী শীঙলাক পবেং অমা লাইবিকসিগী তবানিথোইশুবা স্বপ্নদা পীবি। পুন্সিসিবু আত্মা উপলব্ধি তৌবগীদমক শীজন্ননিংবা মীতাশিংগী মফমদা যুগ অসি ৱাননবা মশক্নি। মীশিংনা মখোয়গী ইন্দ্রিয়শিং পেন্ননবা হোংনবদা কযামুক চিনবগে হায়ববু মখোয় আত্মা উপলব্ধিগী ৱা পুম্বা কাউথ্রে। মখোয়না বুদ্ধি চোইতুনা ভাওবদগী হায়রিবদি তাত্মা উপলব্ধিকা ববি কান্নগদবনো হায়বসিনি। মখোয়না অসুম্না হায়বগী মবমদি আত্মা উপলব্ধিগী চৎপা খোঙচত্তা মখোয়গী পুন্সি মতমদি মীৎকুপ অমগুম তেল্লি হায়বসে মখোয়না খঙদে। শিক্ষা পীবগী মওংসু ইন্দ্রিয় পেনবা য়ানবগী মায়কৈ তম্লে। খঙউববা মী অমনা অমুক্তুং খম্বতুনা য়েংলগদি মহাক্না উগদবসে করিনো হায়ববু—যুগসিগী অঙাংশিংবু হৌজিককালগী শিক্ষানি হায়বিবসিগী হাৎফম শঙদা থাজনগে হায়বা অমা য়াওনা থাজল্লবনি হায়বা

অসিনি। মরমসিনা খঙ-হৈরবশিংনা যুগ অসিবু চেকশন্না য়েংবা তাই। মখোয়না খুদোংথীবনা থল্লবা কলি যুগ কৌবা ঈপাকসিবু লাম্থোক্তে হায়রবদি নৈমিষারণ্যগী মুনি ঋষিশিংগী মতৌ তমহুনা শ্রীসূত গোস্বামীবু নত্রগা মহাক্কী অশেঙবা প্রতিনিধিবু হিরোই ওইনা লৌহুনা চঙজবা তাই। লান্নহিদি ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী মপাওগী মশক ওইবা ভগবদগীতা অমদি শ্রীমদ্ভাগবতম্ অসিনি।

শ্লোক ২৩

**ব্রূহি যোগেশ্বরে কৃষ্ণে ব্রহ্মণ্যে ধর্ম্মবর্ম্মণি।**
**স্বাং কাষ্ঠামধুনোপেতে ধর্ম্মঃ কং শরণং গতঃ ॥ ২৩ ॥**

শব্দার্থ

ব্রূহি—হায়বিয়ু; যোগেশ্বরে—যোগশক্তি পূম্বগী মপুদা; কৃষ্ণে—ভগবান শ্রীকৃষ্ণদা; ব্রহ্মণ্যে—পরতত্ত্বব্রহ্মদা, ধর্ম্মবর্ম্মণি—ধর্ম্ম ঙাকপা কবচগুম্বদা; স্বাম্—মশামক্কী; কাষ্ঠাম্—লৈফম ধাম; অধুনা—হৌজিক্কী মতমদা; উপেতে—লেঙথ্রবদা; ধর্ম্মঃ—সনাতন ( মতম পূম্বগী ওইবা লেঙদবা ) ধর্ম্মনা; কম্—কনাদা; শরণম্—চঙজবা; গতঃ—চৎকনি; (কম্ শরণম্ গতঃ—কনাদা চঙজগনি)।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

পরব্রহ্ম যোগেশ্বর শ্রীকৃষ্ণনা হৌজিক মাগী ধামদা লেঙথ্রবনিনা সনাতন ধর্ম্মনা কনাদা চঙজহুনা হিংগদগে হায়বহু ঐখোযদা তাকপিয়ু।

নৈনবোল

মচি ওইবা ধর্ম্মদি পরমেশ্বর মশামক্না লেংলম্বা ঙাক্পি। ধর্ম্মবু য়াম্না লান্না শীজিন্নরবা নত্রগা থোঁওইরক্ত্রবা মতমদা পরমেশ্বর ভগবান মশামক ধর্ম্ম লিংনবা অবতার তৌবকই। ৱাফমসি ভগবদগীতাদা য়াওরিবনি। হায়বিবা ধর্ম্মসিগী মরমদা নৈমিষারণ্যগী মুনিশিংনা শ্লোকসিদা ধর্ম্মসিগী মরমদা হংলি। শ্রীমদ্ভাগবতম্‌সি পরমেশ্বর ভগবান-মক্কী মশক ওইবা শব্দ ব্রহ্মনি, মতৌ অসুম্না লাইরিক অসে ব্রহ্ম জ্ঞানগী অমসুং সনাতন ধর্ম্মগী মপুঙ ওইবা প্রতিনিধিনি।

অসুম্না ব্রহ্মসূত্র ভাষ্য শ্রীমদ্ভাগবতম্‌গী অহানবা স্কন্ধদা মুনিশিংগী ৱাহং কৌবা অহানবা অধ্যায়গী ভক্তিবেদান্ত নৈনরোল লোইরে।

# অনিশুবা অধ্যায়

## ঈশ্বর তত্ত্ব অমসুং ঈশ্বর সেবা

শ্লোক ১

**ব্যাস উবাচ**

**ইতি সংপ্রশ্নসংহৃষ্টো বিপ্রাণাং রৌমহর্ষণিঃ।**
**প্রতিপূজ্য বচস্তেষাং প্রবক্তুমুপচক্রমে ॥ ১॥**

শব্দার্থ

ব্যাস উবাচ—ব্যাসনা হায়রম্মী; ইতি—অসুম্না; সংপ্রশ্ন—মপুঙ ফাবা ৱাহং; সংহৃষ্টঃ—মপুঙ ফানা হবাওরম্মী; বিপ্রাণাম্—ব্রাহ্মণশিংগী; রৌমহর্ষণিঃ—রোমহর্ষণগী মচানুপা উগ্রশ্রবা (সূত গোস্বামী); প্রতিপূজ্য—(মখোয়বু) থাগৎলগা; বচঃ—ৱাহৈশিং; তেষাম—মখোয়গী; প্রবক্তুম্—মখোয়দা পাওখুম্বা; উপচক্রমে—হৌরম্মী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

রোমহর্ষণগী মচানুপা উগ্রশ্রবা (সূত গোস্বামী) অদুনা ব্রাহ্মণশিংগী মপুঙ ফারবা ৱাহংশিংদু তাবদা মপুঙ যানা পেল্লদুনা মখোয়বু থাগৎলম্মী অদুগা পাওখুম পীবা হৌখি।

নৈনবোল

নৈমিষারণ্যগী ঋষিশিংদুনা সূত গোস্বামীগী মফমদা ৱাহং তকুকথক হংলম্মী। মরমদুনা মহাক্না ৱাহংশিংদুগী পাওখুম মথং মথং অমমম ওইনা পীখি।

শ্লোক ২

**সূত উবাচ**

**যং প্রব্রজন্তমনুপেতমপেতকৃত্যং**
**দ্বৈপায়নো বিরহকাতর আজুহাব।**
**পুত্রেতি তন্ময়তয়া তরবোঽভিনেদু-**
**স্তং সর্ব্বভূতহৃদয়ং মুনিমানতোঽস্মি॥ ২॥**

শব্দার্থ

সূতঃ—সূত গোস্বামী; উবাচ—হায়রম্মী; যম্—মহাকপু (শ্রীশুকদেববু); প্রব্রজন্তম্—সন্ন্যাস ধর্ম্ম লৌরগে হায়না চৎপ্রবদা; অনুপেতম্—নগুণ থাংদ্রিঙৈদা; অপেত—তৌদ্রিবা; কৃতম্—নিত্য নৈমিত্তিক কর্ম্ম; [অপেতকৃতম্—নিত্য (নুমিৎ খূদিংগী) নৈমিত্তিক (করিগুম্বা মতমদা) তৌবা কর্ম্ম তৌদ্রিবা মহাকপু]; দ্বৈপায়নঃ—ব্যাসদেব; বিরহ—কায়নবা; কাতরঃ—কিরবা; (বিরহকাতরঃ—কায়নগনি হায়না

কিরবা); আজুহাব—কৌরন্মী; পুত্র ইতি—হে পারি-ইবুংঙো হায়না; তৎ-ময়তয়া—মচা শুকদা লুপখিবা মরম্না; তরবঃ—উপাশ্বীশিংনা; অভিনেদুঃ—পাওখুম্লম্মী; তম্—মঙোন্দা; সর্ব্ব—পুম্নমক; ভূত—থবাই পানবশিং; হৃদয়ম্—থম্মোই; মুনিম্—মুনিবু; আনতঃ—খুরুমজবা; অস্মি—ওইবি; (আনতঃ-অস্মি—খুরুমজরি)।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীল সূত গোস্বামীনা হায়রম্মী—থবাই পানবা পুম্নমক্কী থম্মোয়দুংদা চঙবা ঙম্বা মহামুনিবু (শুকদেব গোস্বামীবু) খুরুমজরি। নগুণ থাংদবা মখৈ অদুগা অতৈ অতৈ সংস্কারগী হৌনবী কর্ম্ম অমতসু তৌদবমখৈ য়ুম থাদোক্লুনা লম্বোইগ্রগে (সন্ন্যাস ধর্ম্ম লৌরগে) হায়না চৎপ্রৎদা মাগী পম্বৌ ব্যাসদেবনা মচাগা কায়নবা তাবে হায়না কিবদগী 'পারি ইবুংঙো' হায়না খোঞ্জেল হৌনা কৌবকখি। (ব্যাসগী) কায়না-মৈচাক অদুগা মান্নবা চাক্লম্বা পামেল উজাওশিং পুম্নমক্না খোম্বাং য়ৈনা পাওখুম্লম্মী।

নৈনবোল

বর্ণ আশ্রম ধর্ম্ম চৎপা মীশিংনা তৌগদবা থবক কয়া শাস্ত্রনা বিধি ওইনা তাকই। অসিগুম্বা বিধিনা তাক্লিবদি বেদ তমনীংবা মী অমা মতীকচাবা দীক্ষা গুরুগী মনাক্তা চঙজরগা মহাক্কী শিষ্য ওইনা লৌশিনবিয়ু হায়না হায়জগদবনি। নগুণ (উপবীত-সূত্র) আচার্য্যদগী নম্রগা দীক্ষা-গুরুগী মফমদগী বেদ তম্বদা মতীক চাবে হায়বা তাক্লবা খুদম্নি। শ্রীশুকদেব গোস্বামীদি অসিগুম্বা সংস্কার (শেংদোকপা থবক) অমতা তৌদে, মবমদি পোকপদগী মহাক মুক্ত ওইনা পোক্লম্মী।

ময়ামগী ওইনা হায়রগা, মী হায়বসে পোক্লকপদা মীচম অমা ওইনা পোকই, অদু দগী শাস্ত্রনা তাকপা সংস্কার বিধি পাঙথোক্লগা মহাক অমুক হন্না পোক্লবা (দ্বিজ ওইবা) হায়না লৌনৈ। অসুম্না অনৌবা মঙাল ফংদুনা আত্মাগী অকারম থিগৎলক্লবা মতমদা বেদ তম্বগীদমক গুরু অমগী নাক্তা চঙজগদবনি। গুরুদুনা মবুকচেল শেংনা থিজরকপা মীতাদবু মাগী শিষ্য সেবকনি হাযনা লৌশনবি অদুগা মঙোন্দা নগুণ থাংবী। মতৌ অসুম্না মী অমনা দ্বিজ হায়বদি তনিরক পোকপা হায়বনু ওই। দ্বিজ ওইরবা মতুংদা মী অমনা বেদ তম্বা য়ারে, অদুদগী বেদ পুম্নমক য়াম্না ফজনা হৈরবা মতুংদা মহাক বিপ্র ওইবা যংলে। বিপ্র হায়বদি গুণ চেল্লবা ব্রাহ্মণ অমনা পবতত্ত কবিনো হায়ব-দুগী অনুভূতি যংলগনি, অদুদগী আধ্যাত্মিক পুন্সিদা অসুম কাখৎলক্লুনা কোম্বংদা বৈষ্ণব ওইবগী মতাঙডু য়ৌগনি। বৈষ্ণবকী মতাঙসে ব্রাহ্মণ অমগীদমক্তি স্নাতকোত্তর (Post Graduate) ওইবা যংবগী মতাঙনি। অকারমদা কাখৎলক্লিবা ব্রাহ্মণদি বৈষ্ণব অমা ওইনবা তৌদবা য়াদ্রবনি, মরমদি বৈষ্ণব হায়বসিদি আত্মানুভূতি লৈরবা লাইবিক হৈবা ব্রাহ্মণনি।

শ্রীল শুকদেব গোস্বামীদি হেক হৌবদগী বৈষ্ণবনি, মরমদুনা বর্ণ আশ্রমগী বিধি অনুষ্ঠান অমতা তৌদবা য়ারম্নে। বর্ণাশ্রম ধর্ম্মগী অরোইবা লক্ষ্যদি শেংদোক্লিবা মী অমবু ভগবানগী ভক্ত হায়বদি বৈষ্ণব অমা ওইনবা হায়বসিনি। মরমসিনা উত্তম-অধিকারী বৈষ্ণব অমনা য়াবিদুনা লৌবিরবা বৈষ্ণব অমবু ব্রাহ্মণ অমনি হায়না লৌখৎনরে, মহাক করম্বা মপোক্তা পোকই পোক্লেনচিংবা অদুগা মাগী হৌখিবা থবকশিংনা অপনবা পীদরে। শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা হায়রিবা নীতিসে য়াবিরম্মী, অদুনা শ্রীল হরিদাস ঠাকুরদো মুসলমানগী ইমুংদা পোক্লম্নবসু মহাকপু নাম আচার্য্য (হরিনাম শোনবগী আচার্য্য) হায়না লৌশনবিখি। বা লোইশল্লকপদা হায়গদবদি অসিনি—শ্রীল শুকদেব

গোস্বামীদো বৈষ্ণব অমা ওইনা পোল্লম্বনি, মরমত্নুনা মাগী মশাদা ব্রাহ্মণত্ব হায়বত্নু শাগোম্লরক্লবনি। মহাক্তি সংস্কার বিধি অমতা ইন্দবা য়ারম্মী। জাৎ তোনবা মীদো হায়বদি মহাক কিরাত, হূণ, আন্ধ্র, পুলিন্দ, পুক্কশ, আভির, শুম্ভ, যবন, খস-নচিংবা নম্ক্রগা মখোয়শিংদগী হেন্না তোম্বা জাৎকী মী ওইরবস্নু বৈষ্ণবশিংগী কৃপা ফংলবদি খ্বাইদগী রাংবা দিব্য ওইবা ফীভমদা লৌখৎপীবা য়াই। শ্রীল শুকদেব গোস্বামীদি শ্রীসূত গোস্বামীগী গুরুনি, মরমত্নুনা শ্রীসূত গোস্বামীনা নৈমিষারণ্যগী মুনিশিংনা হংবা রাগী পাওখুম খুমজিনৈগী মমাঙদা মাগী গুরু শুকদেববু খুরুমজখিরম্মী।

## শ্লোক ৩

**যঃ স্বানুভাবমখিলশ্রুতিসারমেক-**
**মধ্যাত্মদীপমতিতিতীর্ষতাং তমোহন্ধম্।**
**সংসারিণাং করুণয়াহ পুরাণগুহ্যং**
**তং ব্যাসসূনুমুপয়ামি গুরুং মুনীনাম্।৩॥**

### শব্দার্থ

যঃ—মহাক; স্ব-অনুভাবম্—ময়ামগা মান্নদবা মহাক্কীদা ওইবা প্রভাব লৈবা, য়াম্না খঙলবা; অখিল—পূম্নমক; শ্রুতি—বেদ; সারম্—মচি; (অখিল-শ্রুতিসারম্—বেদ পূম্নমক্কী মচি); একম্—মত্নমতং; অধ্যাত্ম—আত্মাগী ওইবা; দীপম্—মৈরা; অতিতিতীর্ষতাম্—লাম্থোকনীংবশিংগী; তমঃ অন্ধম্—অমম্বা মায়াবু; সংসারিণাম্—সংসারীশিংগী (য়ুম্বান্নীংবশিংগী); করুণয়া—মুংশিবিত্নুনা; আহ—হায়রম্মী; পুরাণ—বেদদা হাপচিল্লকপা শরুক; গুহ্যম্—অথূপ্পা; (পুরাণগুহ্যম্—পুরাণশিংগী মনুংদা য়াওবা অথূপ্পা) তম—মঙোন্দা; ব্যাসসূনুম্—ব্যাসগী মচানুপাদা; উপয়ামি—চঙজরি, খুরুমজরি; গুরুম্—গুরুদা; মুনীনাম্—মুনিশিংগী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মুনি পূম্নমক্কী গুরু, ব্যাসগী মচানুপা, অত্নুগা সংসারগী মশক ওইবা শূক্লা ময়বা অমম্ববু লাম্থোকনীংবা সংসারীশিংবু মুংশিবিত্নুনা, বেদ পূম্বগী মচি ওইবা শরুক অসিবু য়োৎতুনা থক্লগা হৈবগুম হৈরবা মতুংদা অধ্যাত্মগী মৈরা ওইরিবা পুরাণ অসিদংবু লীবিবম্বা শ্রীশুকদেব গোস্বামীবু ঐনা খুরুমজবি।

### নৈনবোল

স্তব অসিদা শ্রীল সূত গোস্বামীনা শ্রীমদ্ভাগবতম্‌গী মপূঙ যাবা ভূমিকাবু (রাহৌদোকপু) শম্পৎনা হায়রি। শ্রীমদ্ভাগবতম্ অসি বেদান্তসূত্রগী মশাগী ওইফম থোকুনা হাপচল্লকপা ভাষ্যনি। বৈদিক জ্ঞানগী মচি ওইবা শরুকতো উৎকে হায়বগীদমক বেদান্তসূত্র হায়বদি ব্রহ্মসূত্রশিংসি থোমজল্লম্বনি। শ্রীমদ্ভাগবতম্‌দি বেদগী মচি ওইরিবা বেদান্তসূত্রগী মশাগী ওইবা ভাষ্যনি। শ্রীলশুকদেব গোস্বামীদি বেদান্তসূত্র মপূঙ ফানা খঙলবা আচার্য্য অমনি, মরমত্নুনা মহাক মশামক শ্রীমদ্ভাগবতম্ কৌবা ভাষ্যসি য়ৌনা হৈরবা খঙলবনি। সংসারগী অমম্ববু লাম্থোক্লীংবা সংসারীশিংবু ঙমখৈ নাইদনা মুংশিরুবত্নু উৎকে হায়ত্নুনা মহাক্লা ইহান হাম্না থূপ্পবা জ্ঞান অসিবু হায়রম্লিবনি।

সংসারী হায়বদি ইন্দ্রিয়গী বিষয় লম্বুম পাম্লিবা মীদি মুংঙাইবা ঙম্মী হায়রিবা ৱাফম অদু মতীঙ য়াওদবা ৱা-মরৈ হায়বনি। সংসারগী জীব অমতা ব্রহ্মা ওইগে ওইসনু নত্রগা ককচেঙ অপিখক অমা ওইগে ওইসনু মুংঙাইবা ঙমদে। মী খুদিংমক মুংঙাইনবগীনি হায়দুনা মতম পুম্নমক্কী ওইনা থৌৱাং অমা লাঙবা ঙাক্লি, অদুবু মীপুম খুদিংমকপু প্রকৃতিগী লীচৎ নিয়ম্না মায়থীহল্লী। মরমদুনা সংসারবু ভগবানগী স্বষ্টিদা খ্বাইদগী মম্বা মফম্নি হায়রিবনি। অদুম ওইনমক মুংঙাই ফংদবা সংসারীনা পামলবদি অমম্বসিদগী লীৎথোরকপা ঙমগনি। লাইবক থীবনা মখোয় অসুক্কী মতীক পঙবগে হায়ববু মখোয় অমম্বা অসিদগী লীৎথোকনীংদে। মরমসিনা সংসারীবু ঈগা তিন্নবা তিংখং উশাবু হাউদুনা চারিবা উটকা চাংদমনৈ। উট অদুনা মানা চারিবা ঈদো তিংখংনা য়াৎতুনা মরৈদগী থোরকপা মশামক্কী ঈনি হায়বা খঙজদে। মতৌ অসুম্না সংসারীনসু মশাগী ঈবু খোয়হীমুক থুমজৈ, মহাক্কী মরল মথুম্না মক্তম পুম্বদা অৱাবা ফংলবসু সংসারদগী লীৎথোক্লীংদে। অসিগুম্বা সংসারীশিংবু কর্ম্মী কৌই। কর্ম্মী লীশিঙ লক্ষাগী মনুংদগী মী খরতনা সংসার অসিবু হৈনরক্তে, অদুনা কর্ম্মগী সুবংদগী চেষ্টোকনীংই। অসিগুম্বা বুদ্ধি লৈবা মীতাশিংবু জ্ঞানী ( অখঙবা মী ) কৌই। বেদান্তসূত্র অসি জ্ঞানীশিংগীনি। অদুবু লীচৎ নাইদবা মীতাশিংনা বেদান্তসূত্রবু শেরান্নমা শীজিন্নরগনি হায়বসি পরমেশ্বর ভগবানগী অবতার ওইবা শ্রীলব্যাসদেবনা হান্ননা উখিবা মরম্না মহাক মশামক্লা বেদান্তসূত্রবু মেনখৎনবা হায়দুনা ভাগবত পুরাণ অসি লেংলম্মী। ভাগবতসি ব্রহ্মসূত্র মশামক্কী টীকা ভাষ্যনি। শ্রীলব্যাস-দেবনসু মচানুপা শ্রীলশুকদেব গোস্বামীদা ভাগবতসি তাকপিখি। শ্রীলশুকদেবদি হান্ননা পরমার্থগী মায়কৈদা ফংগদবা মুক্তি অদু ফংলবনি। শ্রীলশুকদেব মশামক ভাগবত খঙলবা তুংদা ভাগবত ব্যাখ্যান তৌখিবনি। শ্রীলশুকদেবগী থৌজান্দগী সংসাবদগী লাম্থোক্লীংবদা পূকচেল শেংলবা মীতাশিংনা ভাগবত-বেদান্তসূত্র অসি ফংজবনি।

শ্রীমদ্ভাগবততি বেদান্তসূত্রগী মাপা অমা লৈত্রবা ভাষ্যনি। শ্রীপাদশঙ্করাচার্যনা শোক্লোই হায়বা অমা য়াওনা ভাগবতপু শোকখিদবনি; মবমদি মশাগী ওইফম থোক্লবা ভাষ্য অসিদগী হেন্দোকপা অমা ইবদি মঙোন্দা লুনা ৱানা থোক্কনি হায়বা মহাক খঙলম্মী। মহাক্লা মাগী 'শারীবক-ভাষ্য' ইরম্মী অদুগা মাগী তুংইনবনি হায়বা শারিবশিংনা ভাগবতপু অনৌবা পোৎথোক অমনি হায়না হন্থনা খনখি। মায়াবাদীশিংনা ভাগবতকী মরমদা থীনা ঙাঙদুনা তৌরিবা প্রচারদুনা শেরান্নমা পুবা য়াফম থোক্তে। ৱাহৌদোক ওইবা শ্লোক অসিদগী নৌরিবা বিদ্যার্থীনা খঙগদবদি—পরমহংস-শিংগী অমদি কলক-খম্বনবা ( মৎসরতা ) হায়বা তাইবং-লায়না ( ভব রোগ ) অদু পুংকোক কোক্লবা মীতাশিংগীদমক লৈরিবা অমতা ঙায়বা পারমার্থিক সাহিত্যনি। পবমেশ্বর ভগবান নারায়ণদি সংসারগী ৱাংমদা লৈবনি হায়না শঙ্করাচার্যমক্লা য়ারম্লবসু মায়াবাদীশিংনা পরমেশ্বর ভগবানবু কলক য়েংথি। কলক য়েংথিগনবা মায়াবাদীনা ভাগবতপু খঙবা ঙম্বা পোৎ নত্তে। অদুগা সংসারসিদগী লাম্থোকনীংবা মীশিংদি ভাগবত অসিগী মপানতাংবা তাই মরমদি মসিবু ঙাঙথোক্লম্বদি সংসারদগী লাম্থোক্লবা ( জীবন-মুক্ত ওইরবা ) শ্রীলশুকদেব গোস্বামীনি। ভাগবত অসি ব্রহ্ম, পরমাত্মা অমদি ভগবান্ হায়না উপলব্ধি তৌনরবা ( শক খঙনরবা ) পরতত্ত্ববু মপুঙফানা উবা ঙম্নবা পরমার্থগী মৈরানি।

শ্লোক ৪

**নারায়ণং নমস্কৃত্য নরঞ্চৈব নরোত্তমম্।**
**দেবীং সরস্বতীং ব্যাসং ততো জয়মুদীরয়েৎ॥ ৪॥**

### শব্দার্থ

নারায়ণম্—পরমেশ্বর ভগবান্বু; নমস্কৃত্য—খুরুমজুনা; নরম্ চ এব—নর নারায়ণ কৌবা ঋষিবুসু; নরোত্তমম্—মীওইলক্তা অথোইবা মাবু; দেবীম্—দেবীবু; সরস্বতীম্—সরস্বতীবু, (দেবীম্-সরস্বতীম্—সরস্বতী লাইলৈমাবু); ব্যাসম্—ব্যাসদেববু; ততঃ—অদুগী তুংদা; জয়ম্—সংসার জয় তৌবগী ওইবা (লাইরীকপু); উদীরয়েৎ—উচ্চারণ তৌগদবনি।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সংসাব জয় তৌনবগী পাম্বৈ ওইবা শ্রীমদ্ভাগবতম্সি পাদ্রিবৈগী (থীদ্রিবৈগী) মমাঙদা পরমেশ্বর ভগবান নারায়ণবু, অদুগা মীওইলক্তা অথোইবা নব নারায়ণ ঋষিবু অদুগা হীবৈমা ইবেম্মা সরস্বতীবু অদুগা ভাগবতপু লেংলম্বা ব্যাসদেববু খুরুমজগদবনি।

### নৈনবোল

বৈদিক সাহিত্য পুম্বগা পুবাণশিংগসে সংসাব কৌবা মন্নেন মম্বা লমদম অসিবু জয় তৌননবগীদমক লেংখিবনি। নিঙশিংবা ঙমজ্রবা মতমদগী হৌদুনা জীববু ইন্দ্রিয় পেন্নবা থবক্তা কাহেন্না চিংশনখিবা মবম্না মহাক্না ভগবানগা মহাক্কা লৈনবিবা সম্বন্ধ (মবী) অদু কাউথোকই। প্রাকৃত সংসারসিদা হিংননবগী শোক্নরিবা মাগী লাল অসে মতম পুম্নমক্কী ওইদুনা লৈরবনি। থৌরাং (যোজনা) ময়াম তৌদুনা লাল অসিদগী মানা লাম্থোকপসু ওইথোক্কে। মতম পুম্বগী ওইনা শোক্নরিবা হিংননবগী লাল অসিবু জয় তৌগে নীংলবদি মহাক ভগবানগা অমুক মবী লৈনখৎপা তাবে। অসিগুম্বা প্রতিকাব তৌবা পাম্নবা মীদুদি বেদ পুবাণশিংগী মতেঙ লৌবা তাই। পুবাণশিংগা বেদশিংগা মরী লৈনদে হায়না অপঙবা মীতাশিংনা হায়। মখোয়না হায়জৈ হায়বদু মঙাই, তশেংবদি পুরাণশিংসে মীতা তোঙান তোঙানবগীদমক বেদগী ভাষা ঙাক্তনি। মী লোয়নমক অমগা অমগা মান্নদে। সত্ব গুণ চেনবা মীতা, বজঃ-গুণ চেনবা মীতা, অমদি তমঃ গুণ চেনবা মীতা হায়না মখল অহুমগী মী লৈ। মীতা মীতাদুনা শীজন্নবা য়ানবা অদুগা অদুম্না শীজন্নবগা মখোয় মখোয়গী কাউকববা হায়বদি মাঙলুববা ফীভম অদু অসুম অসুম হনজিল্লক্নবা হায়দুনা অদুগা হিংননবা লাল অকনবদগী লীৎথোকপা য়ানবা হায়দুনা পুবাণশিংসে খায়দোকখিবনি। শ্রীল সূত গোস্বামীনা পুরাণ করম্না থীগদগে হায়বদু তাক্লি। বৈদিক সাহিত্য অমদি পুবাণশিংগী প্রচারক ওইনিংবশিংদি শ্রীল সূত গোস্বামীনা উংলিবা লম্বীসে চংকদবনি। শ্রীমদ্ভাগবতম্সে তশোয় অঙাম য়াওদবা পুরাণনি; মসি সংসার লাংদগী মতম চুপ্পা লাম্থোক্নুনা লৈনীংবা মীশিংগীদমক থোইদোকপা অমা ওইনা থনম্নবনি।

### শ্লোক ৫

**মুনয়ঃ সাধু পৃষ্টোঽহং ভবদ্ভির্লোকমঙ্গলম্।**
**যৎকৃতঃ কৃষ্ণসংপ্রশ্নো যেনাত্মা সুপ্রসীদতি ॥ ৫ ॥**

### শব্দার্থ

মুনয়ঃ—হে মুনিশিং; সাধু—মরী লৈননা, ওইফম থোক্না; পৃষ্টঃ—হংলবা হায়বদু ওইরে; অহং—ঐ; (পৃষ্টঃ অহং—ঐঙোন্দা হংলে); ভবদ্ভিঃ—নখোয় পুম্বনা; লোক—জগৎ; মঙ্গলম্—য়াইফবা; (লোকমঙ্গলম্—ময়াম পুম্বগী য়াইফনবগী বা); যৎ—মরমদি; কৃতঃ—তৌরবনি; কৃষ্ণ—পরমেশ্বর ভগবান; সংপ্রশ্নঃ—নাতৈ চাবা বাহং; (কৃষ্ণসংপ্রশ্নঃ—শ্রীকৃষ্ণগী মরমদা হংবা বাহং); যেন—মদুনা; আত্মা—মশা, বুদ্ধিঃ সুপ্রসীদতি—পেনগনি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে মুনি পুম্বা, নখোয়না ঐঙোন্দা হংলিবা ৱাহংসে য়াম্না নাতৈ চাবনি। নখোয়গী ৱাহংশিংসে হংগদবমক ওই, মরমদি ৱাহংশিংসে কৃষ্ণগী মরমদা ঙাক্তনি। মখোয়সে জগৎকী য়াইফবগা মরী লৈনবা ঙাক্তনি। অসিগুম্বা ৱাহং অসিতনা ইশাবু মপুঙ ফানা পেলহনবা ঙম্মী।

নৈনৱোল

ভাগবত অসিদগী পরতত্ত্ববু খঙবা ঙম্মী হায়না মথক্তা হায়খিবা মরম্না নৈমিষারণ্যগী মুনিশিংগী ৱাহংশিংসে চপ চানা চুম্লবা ৱাহং ঙাক্তনি, মরমদি ৱাহংশিংসে পরমেশ্বর ভগবান্ অমদি পরতত্ত্ব ওইরিবা শ্রীকৃষ্ণগী মরমদনি। বেদ পুম্নমক্তা য়াওরিবসে শ্রীকৃষ্ণ ভগবান্ মহাকপু থিনীংবগী ৱা নত্তনা অতৈ য়াওদে হায়না শ্রীভগবান্ মশামক্না শ্রীভগবদ্গীতাদা (১৫/১৫) হায়রি। মতৌ অসুম্না ঐখোয়না খঙবদি বেদশিংনা থীজল্লিবা ৱাগী মতিদি কৃষ্ণগা মরী লৈনবা ৱাহং ঙাক্তনি।

জগৎ পুম্বসে ৱাহংগা পাউখুম্মগনা পুম্ননীল নিল্লবনি। মী, শা, উচেক লোইনমক মতম পুম্বগী ওইবা ৱাহং পাওখুমদা থবক চিন্নরিবনি। অয়ুক্কী মতমদসু উচেকশিংনা মত্তুম মত্তুমদা ৱা হংল খুম্ন তৌহ্নুনা থবক চিল্লী, অদুগা মখোয়সিমক্তা নুংদাংৱাইরমদসু হল্লক্লগা অমুক হংবগা খুম্বগা তৌহ্নুনা মচিল্লী। মীওইবসু অদুমঙায়, অহীংদা তুম্লিবা ঙাইহাক্কী মতম অদু মঙায় খাক্লিবা, নম্রগদি হংদোক হংজিন্দা অদুগা খুমদোক খুমজিন্দা মচিল্লিবনি। লল্লোনবশিংনা কৈথেন্দা হংবগা খুম্বগা তৌহ্নুনা ঙাক লৈ, মতৌ অসুম্না উকিলশিংনা ৱায়েনশঙদা, ছাত্রশিংনা স্কুল কলেজদা হংবগা খুম্বগনা মথৌ ওইরিবনি। লোকসভাদা সদস্যশিংসু ৱাহং পাওখুম্বনা মতম লেল্লী। রাজনীতি য়াওবা মীশিংনা অমদি পাওজেল-চেগী মীহুৎশিংসু লোইনমক ৱাহং পাওখুমদা লুপ্পরি। মপুন্দী চুপ্পা মখোয়না ৱাহং হং পাওখুম পী তৌন তৌনমক মখোয় কনামতা পেন্নবা পাওখুম ফংজদে। অদুনা আত্মাগী পেনবা হায়বদু যংগে হায়রবদি কৃষ্ণগী মরমদা হংবা অমদি খুম্লিবা ৱাহং পাওখুমতনা ওইগদবনি।

শ্রীকৃষ্ণদি ঐখোয়গীদা হায়রগা চান্নখোইবা মনাইগী মপুনি, মরুপকী মরুপ্নি, মচাগী মপানি নম্রগা মপাগী মচানি অমসুং মধুর প্রেমগী (কান্তা প্রেমগী) বিষয়নি। কৃষ্ণবু কাউথোকপা ৱাহং পাউখুম ময়ামসিগী বিষয় ময়ামসি ঐখোয়না পুথোকচবনি। অদুবু ৱাহং পাউখুম অমতনসু মপুঙ ফানা ঐখোয়বু পেলহনবা ঙমদে। কৃষ্ণ নত্তনা অতৈ পুম্নমক্তা পেলহনবদি তুংকোইনা পেল্লহনবা ঙমদে। মরমদুনা মপুঙ ফাবা অপেনবা হায়বদো যংগে নীংলবদি শ্রীকৃষ্ণগী মরমদা হংবা খুম্বা হায়বদুতা তোগদবনি। মীৎকুপ অমা ফাওবা ৱাহং পাওখুম তৌদবমখৈ লৈবা ঙমদে। শ্রীকৃষ্ণগা মরী লৈনবা ৱাহং পাওখুমশিংদো শ্রীমদ্ভাগবতনা নৈনবা মরম্না পরমার্থগী ওইবা লাইরিক অসিতবু পাহ্নুনা (পাঠ তৌহ্নুনা) অমসুং নাকোঙনা তাহ্নুনা (শ্রবণ তৌহ্নুনা) লৈরবতদা ৱাংলেন-ৱাংবা অপেনবা হায়বদো ঐখোয়না ফংবা ঙমগনি। অদুনা ঐখোয়না শ্রীমদ্ভাগবতম্বু হৈনবা তম্লগা সমাজ, রাজনীতি অমদি ধর্ম্মগী মরমগা মরী লৈনবা সমস্যা পুম্বা কোকহনবা ঙমগনি। মরম পুম্নমক্তা শ্রীমদ্ভাগবতনগা কৃষ্ণগনা মরোইরে।

শ্লোক ৬

**স বৈ পুংসাং পরো ধর্ম্মো যতো ভক্তিরধোক্ষজে।**
**অহৈতুক্যপ্রতিহতা যয়াত্মা সুপ্রসীদতি ॥৬॥**

### শব্দার্থ

সঃ—মতু; বৈ—লেপ্পমক; পুংসাম্—মীওইবশিংগী; পরঃ—পূমথোই-থোইবা; ধর্ম্মঃ—মথৌ (ধর্ম্ম); যতঃ—মতুনা; ভক্তিঃ—ভক্তি সেবা (থৌগল); অধোক্ষজে—ইন্দ্রিয়শিংগী মতেঙনা ফংবা জ্ঞানগী রাংমদা লৈবা শ্রীকৃষ্ণদা; অহৈতুকী—ওইজবা থিদবা; অপ্রতিহতা—অপন-অরাক লৈতবা; যয়া—মতুনা; আত্মা—মশা, বুদ্ধি; সুপ্রসীদতি—পেনগনি।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ইন্দ্রিয়শিংগী রাংমদা লৈবা অধোক্ষজদা (শ্রীকৃষ্ণদা) প্রেম-ভক্তি (নুংশিনা নীংবা) ফংনবগী উপায় ওইবা ধর্ম্মদো অথোইবা ধর্ম্মনি (মশিন্নি)। অসিগুম্বা প্রেম ভক্তিহ্ অপন অরাক লৈতবা অমসুং ওইজবা থীদ্রবা ওইববদি আত্মানা মপুঙ ফানা পেনগনি।

### নৈনবোল

(শ্লোকসিদা হায়বিবা) বাফমসিনা শ্রীসূত গোস্বামীনা নৈমিষারণ্যগী মুনিশিংগী অহানবা ব্রাহংগী পাউখুম পীবি। সংসারদা পতিত ওইববা (লৈখা তারবা) মীতাশিংনা হায়বদি মীচম প্রজা ময়াম্না ইবায় লায়না লৌবা ঙম্নবগীদমক্তা মীনা ইদবা লাইতাক ওইনা থোরকপা (অপৌরুষেয়) শাস্ত্র লোইনমকপু শমজন্দনা য়াম্না মচি ওইবা শব্দকদা উৎলগা হাযবিযু হায়না মুনিশিংনা শ্রীলসূত গোস্বামীদা হঙ্গৎলম্মী। মীওইবগী ধর্ম্ম (মশিন) মখল অনীখক বেদশিংনা তাক্লি। অমনা প্রবৃত্তি মার্গ (ইন্দ্রিয় পেন্নবগী লম্বী) কৌই, অমনা নিবৃত্তি-মার্গ (ইন্দ্রিয়গী নুংঙাইবা থাদোকপা) কৌই। প্রবৃত্তি মার্গসিনা হন্থবা ধর্ম্মনি অদুগা পরতংগীদমক তৌবা নিবৃত্তি মার্গনা তরাংবা থাক্কী ধর্ম্মনি। জীবনা প্রবৃত্তি মার্গদা হিংলিবসি অওইবা পুন্সিগী লায়না ওইবিবা ফীভম্নি। অওইবা পুন্সি হাযবহ্দি পরমার্থ-গীদমক হিংবা পুন্সিদনি হাযবদি ব্রহ্মভূত ওইবা পুন্সিহ্নি হায়নিবা পুন্সিসিদি নিত্য (লেঙদ্রবা), আনন্দময় (নুংঙাইবগী মশক ওইবা) তমদি চিন্ময় (জ্ঞাননা থল্লবা) পুন্সি হায়বনি। ইন্দ্রিয় পেন্নবা পুন্সিদি তুংকোইদবনি মায়াগী মশক্তি অদুগা অরাবনা থনবনি। নুংঙাইবা হায়বদো মচেৎ অমফাওবা যাওদে। অরাবা মযামসিদগী লাম্তোরবা হোৎনন্দো তবেম্বনি, মবমতুনা মতম খবদংগীদমক অরাবা কোকপবু নুংঙাইবনি হায়না শেবান্নদা লৌই। মবমহ্না অনিত্য (মতম কুইদবা), অরাবনা থল্লবা অতুগা মায়াগী মশক ওইবা ক্রমোন্নত (অস্তম অস্তম চাওখৎলকপা) ওইবা প্রবৃত্তিমার্গ (ইন্দ্রিয় পেন্নবগী ওইবা লম্বী নত্ত্রগা পুন্সি) হন্থবা থাক্কী মার্গনি। অতুগা সচ্চিদানন্দময় (সৎ-লেঙদবা, চিৎ-খঙবা, জ্ঞান, আনন্দ-নুংঙাই-বগী মশক ওইবা) পুন্সি ফংনবগী লৈবিবা পরমেশ্বর ভগবানবু ভক্তি তৌবা হায়বসিনা অরাংবা থাক্কী ধর্ম্মনি। অরাংবা থাক্কী ধর্ম্মসিসু হন্থবা থাক্কা তিন্নবগদি কবি কবিগুম্বা মতমদা তমোৎপা ধর্ম্ম ওইবকই। থুদমগী মশক ওইনা হায়বগা—সংসারগী তত্তোঙবা অমা যংননবা তৌবা ভক্তিহ্দি নিবৃত্তি-মার্গগী মায়কৈদা অপন-অরাক অমা লেপনমক ওই। পোলোই যনবগীদমক চৎলিবা নিবৃত্তিমার্গ হায়বদি থাদোকপা হায়বহ্দি অনা-লায় চেন্নরিবা পুন্সিগী ফীভমদা ইন্দ্রিয় পেলহনবদগী লেপনমক হেন্না ফবা ধর্ম্মনি। ইন্দ্রিয় পেন্নবগী তৌবা ভক্তি অসিগুম্বদি অনা-লায়ওং হেনজল্লকহল্লী অতুগা কুইনসু লৈহল্লি। মবমতুনা ভগবানগী মফমদা তৌবা ভক্তিদি করিমতা য়ানদ্রবা পূমশেং শেংবা ভক্তি (বিশুদ্ধ ভক্তি) ওইগদবনি হায়বদি ইন্দ্রিয় পেন্নবগী অপাম্বা মগুং অমা ফাওবা য়াওরোইদবনি। মবম অতুনা অবেম্বা বাসনা য়াওদবা অতুগা জ্ঞানগা কর্ম্মগী মচু শঙদ্রবা ভগবদ্ভক্তিগী মশক ওইবা পরম ধর্ম্মদো চৎকদবনি। মসিতনা ভগবানগী সেবাদা তুংকোইনা নুংঙাইগদবনি।

ঐখোয়না ধর্ম্মগী অর্থবু 'থৌ' (শিল্লম) হায়না হন্দোক্কে হায়না হন্দোক্লবনি মরমদি ধর্ম্ম হায়বা শব্দগী মূলার্থদি "কনাগুম্ববু হিংহল্লিবা" হায়বনি। জীবগী হিংনবা তৌবদি মাগী থবকশিংগা অমসুং ভগবানগা মাগা লৈনরিবা নিত্য সম্বন্ধগা লোয়নহনগদবনি। কৃষ্ণনা জীবশিংগী কেন্দ্রদা লৈবা য়োৎশিংওৎনি অমসুং মহাক্না পুম্নমকপু চিংশল্লিবা (আকর্ষণ তৌরিবা) আত্মানি, হায়বদি জীব অতৈগী মরক্তা নিত্য ওইবা মূর্ত্তিনি। জীব খুদিংমক্কী দিব্য স্বরূপকী সত্তাদা (লৈবদা) নিত্য আকার (মওং) অমা লৈ, অদুগা কৃষ্ণনা মখোয় লোয়নমক্কী নিত্য আকর্ষণ (মতম পুম্বদা চিংশনবা) ওইরিবনি। কৃষ্ণনা শোইনাইদবা মপূম্নি অদুগা অতৈ খুদিংমক্না মহাক্কী অংশনি (মশুংনি)। মখোয়নিগী লৈনরিবা সম্বন্ধসি (মরীসি) মপুগা (সেব্যগা) মনাইগা (সেবক্কা) লৈনবা অদুনি। সম্বন্ধসি দিব্যনি অমসুং ঐখোয়না তাইবংপানদা ফংলিবা অসিদগী পুঙতোপ তোপ্পনি। সেব্য সেবক্কী সম্বন্ধসি য়ৌনা নকশন্নবগী শাগোন্নরবা মওংনি। কনাগুম্বনা ভক্তিগী লম্বীদা চাওখৎলকপগা লোইননা খঙবসু হেল্লক্কনি। মীপুম খুদিংমক ভগবানগী প্রেম সেবাদা লুপশন্নবা হোৎনগদবনি; হোৎনবসি মায়া সংসারদা হৌজিক হৌজিক লৈরিবা ফীভমসিদা ফাওবা অদুম তৌগদবনি। মদুগী ফল ওইনা হোৎনরিবা মীদুনা তশেংবা পুন্সি করিনো হায়বা খঙবগী লংলা লংজিন ফংগনি অদুনা পেনবসু মপুঙ ফাগনি।

শ্লোক ৭

**বাসুদেবে ভগবতি ভক্তিযোগঃ প্রয়োজিতঃ।**
**জনয়ত্যাশু বৈরাগ্যং জ্ঞানং চ যদহৈতুকম্ ॥ ৭ ॥**

শব্দার্থ

বাসুদেবে—কৃষ্ণদা; ভগবতি—ভগবানদা; (বাসুদেবে ভগবতি— ভগবান্ কৃষ্ণদা); ভক্তিযোগঃ—ভক্তি লৈবা হায়বদো; প্রয়োজিতঃ— হাপচল্লবা; জনয়তি—পোকহল্লি; আশু—থুনমক; বৈরাগ্যম্—(কৃষ্ণ নত্তবা মরম অতৈ) পামদবা; জ্ঞানম্ - জ্ঞান (বিজ্ঞানগা লোয়নবা ভগবানবু যংনবা শুদ্ধ জ্ঞান); চ—অমসুং; যৎ—মদু; অহৈতুকম্—(অবান খুভমনচিংবা) অপাম্বা অতৈ অমা য়াওদবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

পরমেশ্বর ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণবু ভক্তিসেবা তৌরগা তৌবিবা মীদুগী খুদক্তা ওইজ থিবা য়াওদবা জ্ঞান (খঙবা) অমসুং সংসাববু পামদবা (বৈবাগ্য) ওইহল্লি।

নৈনরোল

পরমেশ্বর ভগবান শ্রীকৃষ্ণবু ভক্তি সেবা তৌবসিবু সংসারগী অপাম দুংশিংগী ইল্লুন পোকপা থোদোনি হায়না খনবা কাঙবুশিংনা, লাইতাক ওইবা বেদশাস্ত্রশিংদা যজ্ঞ, দান, তপ, জ্ঞান, হঠযোগনচিংবা ভগবানবু যংনবা অতৈ লম্বী কয়া অমা তাক্লনা লৈ হায়না য়েৎলকপা য়াই। মখোয়সিনা খল্লিবদি—ভক্তি হায়বসি অরাংবা থাক্কী লাইনিং লম্বেলদু চৎপা ঙমদবা মীতাগীদমক্তি হায়বসিনি। অয়াম্বনা হায়নরিবদি ভক্তি মার্গগী লাইনীংসে শূদ্র, বৈশ্য, অমদি বুদ্ধি রাংপী মুপীশিংগী লম্বীনি হায়বসিনি। মখোয়না হায়রিবদুদি অওইবা রা নত্তে। আধ্যাত্মিক সাধন মখল পুম্নমক্কী মকোক্তা ভক্তিগী সাধন লৈরিবনি। মরমদুনা ভক্তিযোগসি মতম অমতদা পুমরাং রাংবসু ওই অদুগা অরায়বা যোগ অমসুনি। ভগবানগা সম্পর্ক লৈনিংবদা থরায় য়াওরবা অশেঙবা ভক্তশিংগীদমক্তি ভক্তি যোগ অসি রাংলেন রাংবা যোগনি

অত্তুগা ভক্তিযোগগী থোংজিনদা লেপ্লবদা ভায়বিবা অনৌবা সাধকশিংগীদমকসু অরায়বা যোগ অমনি। পরমেশ্বর ভগবান শ্রীকৃষ্ণগা সম্পর্ক লৈবা ভস্বা হায়বসি অচৌবা বিজ্ঞান অমনি। বিজ্ঞানসি বৈশ্য, শূদ্র, মুপী অমদি শূদ্রশিংদগী হেল্লা তোল্লবা মীতাশিংনচিংবা জীব পুম্নমক্কীনি, অত্তুনদি গুণ চেল্লবা ব্রাহ্মণ-গুম্বা অমদি আত্মা উপলব্ধি তৌববা রাজর্ষিগুম্বা অরাংবা থাক্কী মীতাশিংগীদমক্তদি কবি অমুক হায়রু-গনি। অতৈ অরাংবা থাক্কী সাধনশিং হায়বদি যজ্ঞ, দান, তপনচিংবসে বিশুদ্ধ অমসুং বিজ্ঞান-সম্মত ওইবা ভক্তি যোগগা লোয়নরগদা তৌগদবা ভক্তিগী তুং-তাবা থবক ভাক্তনি।

জ্ঞান বৈরাগ্য অনীসি পরমার্থ ফংনবা লম্বীদা য়াম্না মরুওইবা পোৎলম্নি। আধ্যাত্মিক সাধন পুম্বনা প্রাকৃত অমসুং প্রাকৃত নত্তবা পোৎলম খুদিংমকপু মপূঙ ফানা খঙহল্লী অমসুং অসিগুম্বা মপুঙ-ফাববা জ্ঞানগী ফল ওইনা কনাগুম্বনা সংসারবু পামলক্তে ( হায়বদি মীত্তুগী বৈরাগ্য পোক্লকই ) অত্তুগা আধ্যাত্মিক ওইবা থবকশিংদা থরায় লূপ্লকই। কনা কনাগুম্বা রাখল থেনবা অপঙবা থরনা খল্লী—বৈবাগ্য ফংলবা মীদি থবক কবিমতা তৌদ্রে ( নিকর্ম্মা ওইবে ) হায়বসিনি। মখোয়না খল্লিবত্তু পুম্লাল লাল্লি। নৈস্কর্ম্ম ( থবক তৌদবা ) হায়বসিগী অর্থদি ফল অফবা নল্লগা ফত্তবা থোকহনবা থবক তৌদবা হায়বনি। নংহন্দবা (negation) হায়বসে অওইববু (positive পু) নংহন্দবা হায়বা নত্তে। অসাব ( কান্নদবা ) ওইবা পোৎ হুন্দোকপা হায়বসিনা সাব ( মচি ) ওইবা পোৎপু হুন্দোকপা হায়বা নত্তে। মতৌ অসুম্না সংসাবদগী বৈরাগ্য ( হুন্দোকপা ) অওইববু ওইহন্দবা হায়বা নত্তে। ভক্তিযোগনা তৌরিবদি অওইবা করিনো হায়বা খঙনবনি। অওইববু খঙলবদি ওইদবশিংদো মবায়না কেপ্পত্রগনি। মবম অত্তুনা ভক্তি যোগগী চাওখৎলকপগা লোয়ননা অমদি অওইবা সেবাত্তু অওইবা মাগী মফমদা তৌবগা লোয়ননা সাধক অত্তুনা অত্তুম মহৌশাগী ওইবগুম্না প্রাকৃত সংসারগী হুম্ববা পোৎলমশিংদো পামলল্লোই হায়বদি বৈবাগা পোক্লক্কনি অমসুং লোয়ন লোয়ননা অহেনবা থাক্কী পোৎলমদা মায় ওনশনবা হেল্লক্কনি। ভক্তিযোগ হায়বসিনা জীবগী রাংলেন রাংবা শিল্লম ওইবনা জীববু সংসারগী ইন্দ্রিয় পেল্লবা ভোগ পুম্বদগী চিংথোবই। মত্তুনা শুদ্ধ-ভক্ত ভুমগী খুদম্নি। ভক্তদি অপঙবা অমা নত্তে। অত্তুগা হুম্ববা থবক্তা মায় ওনশিন্দে অত্তুগা সংসাবগী ওইনা থানবিবা মগুণশিংদো মভোন্দা পক্তে। অসুম্না ওইবিবসে কংয়েৎনা ওইথোকহনবা য়াদে। ভগবান্গী কৃপাদনা মসুম্না ওইবা য়াবনি। অরোয়-বদা হায়গদবা রাদি অসিনি—পুকচেল শেংবা (শুদ্ধ) ভক্তগীদি জ্ঞান বৈরাগ্যনচিংবা গুণ খিবিকসে ওইরকপা য়াই, অত্তুগা জ্ঞান-বৈরাগ্য চেনবতনদি ভক্তিযোগগা শকখঙনগনি হায়রুবদি য়াদে। ভক্তিদি মীওইবগী রাংলেন রাংবা শিল্লমনি।

শ্লোক ৮

**ধর্ম্মঃ স্বনুষ্ঠিতঃ পুংসাং বিষক্সেন কথাসু যঃ।**
**নোৎপাদয়েদ্‌যদি রতিং শ্রম এব হি কেবলম্‌॥ ৮॥**

**শব্দার্থ**

ধর্ম্মঃ—শিন; স্বনুষ্ঠিতঃ—নীঙথিজনা পাঙথোক্লবা; পুংসাম্—মীওইবশিংগী; বিষক্সেন—পরমেশ্বর ভগবান্ (অংশী); কথাসু—ৱারীদা; যঃ—মত্তুনা (ধর্ম্মত্তুনা); ন—নত্তে; উৎপাদয়েৎ—পোকহল্লে; যদি—বদি; (ন উৎপাদয়েৎ যদি—পোকহন্দ্রবদি); রতিম্—চিংশিনবা, মুংঙাইবা; শ্রম—(নামুৎ মাংবা) মনোম্; এব—ত্তুদা; হি—লেপ্পমক; কেপুবলম্—মগ্ননা।

## মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মী অমনা তৌরুবা মশিন্দো নীঙথিনা পাঙথোক্লবস্থু পরমেশ্বর ভগবান্‌গী ৱারী পুক্লীং চিংশক্লবদি তৌরুবা থবক পুম্বদো নামুৎ মাঙনবগী নোম্বা হায়বত্থদা লেপ্পমক ওইরে।

## নৈনরোল

মীওইবগী পুন্সি মখল তোঙান তোঙান লৈবগী মতুং ইন্না মশিনসু তোঙান তোঙান লৈ। অপৌবা প্রা'কৃত ওইবা হকচাঙদগী হেন্না অতোপ্পা অমা উবা ঙমদ্রবা বুদ্ধি-ফকপা সংসারী অমগী মফমদদি ইন্দ্রিয়শিংদগী হেনবা করিগুম্বা অমতা লৈত্রে। মরমদুনা মানা মশিনগী তৌবা থবকশিংদো খুজল্লবা নত্রগা পাকথোক্লবা মওংদা ওইরবসু মশাগী ওইজবদমক য়েংবা মীৎয়েংদা তৌবনি। খুজল্লবা মওংগী ওইজথিবদি লম্নাই হকচাঙগীদা য়েংবনি—মীৎয়েং মতাসি মহৌশানা মীওইবদগী তোম্বা জীবশিংগী মরক্তদা উনৈ। পাকথোকপা মওংগী ওইজ-থিবসি মীওই-লক্তা উবা ফংই অদুগা মখোয়গী ওইজথিবগী মীৎয়েংনা মশা মশাদগী হেন্দোক্লনা ইমুং মনুংগী, সমাজগী, সম্প্রদায়গী, জাতিগী অমদি পৃথিবীগী ওইদি হায়বৰু দেহ অমদি ইন্দ্রিয়গী মুংঙাইনবগী মায়কৈদা মতেং পাঙই। দেহগীদা খনবা সংসারী-শিংসে নত্তবা পুক্লীং-লমদা ৱাখলগী মকা লামগনবা মীতাশিংনা ৱাংনা অকারম থিত্থুনা লেল্লী। মখোয়দুগী মশিন্দি পুক্লীং হকচাঙগীদা ওইবা ওইজথিবা মীৎয়েংগী শৈরেং লেংবা অমসুং দর্শন পুথোকপা নত্রগা মতবাদ প্রচাব তৌবা অসিনচিংবনি। অদুবু পুক্লীং হকচাঙসিদা নত্তনা তুমখুন হুনবগুম্না তুমিন্না লৈবা আত্মা হায়বা অমা লৈরি; আত্মাসিনা হকচাঙদগী থোকপ্রবদি পুক্লীং-হকচাঙগীদমক ওইজ-থিবা থিবিক্তো পুম্নাঙ মাঙভী। আত্মাগীদমক করি করি তৌফম থোকই হায়বদো বুদ্ধি ৱাৎপা মীশিংনা খঙদে।

বুদ্ধি ৱাৎপা অপঙবশিংনা আত্মাবু অমদি আত্মানা পুক্লীং হকচাঙগী ৱাংমদা করম্না লৈ হায়বদু খঙদবা মরম্না মখোয় মখোয়গী মশিনজাংগী থবক ময়াম পাঙথোক্লবা তৌবদা অপেনবা ফংদে। মতাঙ-সিদা ওইরে আত্মাগী অপেনবা হায়বা ৱাফম অমা চোংথোক্লকইবা। আত্মাদি অপৌবা হকচাঙ অমদি অকুপ্পা পুক্লীং (স্থূল শরীর অমসুং সূক্ষ্ম মন) অনীগী ৱাংমদা লৈবনি। পুক্লীং হকচাঙ অনীনা তৌরিবা থবক্কী শক্তি ওইরিবা তত্ত্বদো আত্মানি। তুপ্লিবা আত্মাগী করি তৌফম থোকপগে হায়বদো খঙদ্রবদি পুক্লীং হকচাঙগী মচঁপ্পাক হুনবদনা কনামতনা মুংঙাইবা ঙম্মোই। পুক্লীং হকচাঙ অনীদি আত্মাবু কুপ্লিবা কুয়োম্নক্তা হেন্দোকলবা কুয়োম্নি। আত্মাগী করি তৌফম থোকপা হায়বদু শোয়দনমক তেঁদবা য়াদে। উচেক্কী পোন্দবু শীত্তোক নাম্থোক্লগা উচেকপু পেনহনবা য়াদে। উচেক অদুগী অপাম্বা অৱাৎপা করিনো হায়বদো চপ-চানা খঙদোক্তবা য়াদে।

জীবগী আত্মানা পাম্বদি ঙমখৈ নাইবা প্রাকৃত বন্ধন (মায়া লাংদা থুরিবা) অসিদগী থোরকপা অদুগা মানা মপুঙফাবা অৱান-খুভম পামজরিবদো থুংহনবা অসিনি। হেন্না চাওববা বিশ্ব ব্রহ্মাণ্ডবু খারিবা দেৱালশিংদগী থোরকপা জীবাত্মানা পাম্মী। অপন অৱাক লৈতবা মঙাল তমদি পরতত্ত্ব ওইবা আত্মাদুবু জীবাত্মানা পামজে। জীবাত্মানা পূর্ণ (মপুঙ-ফাবা) আত্মা ভগবান্‌বু ফংজবা মতমদা মপুঙফাবা অৱান খুভম হায়বদু ফংগদবনি। মীপুম খুদিংদা ভগবান্‌বু মুংশিবা হায়বা পুকচেন্দো লোৎতুনা লৈরিবনি। আত্মা লৈ হায়বসে অপৌবা অকুপ্পা জড় পদার্থ (থৱায় পান্দবা পোৎ) অদুবু শেৱান্নবা মুংশিবা মওংদা পুক্লীং হকচাঙ অনীনা থোঙ ওইরগা উৎলিবনি। মরমসিনা আত্মা জ্ঞান পোবহনবা ঙম্বা থবক্তা শিল্লম ওইদুনা ঐখোয় থবক তৌফম থোকপনি। হায়ক্লিবসে ওইথোক্তবদি

পরমেশ্বর ভগবান্‌গী লীলাশিংবু শ্রবণ অমদি কীর্ত্তন তৌহ্নবা লেপ্পগদা ওইগদবনি। অহ্নবা ভগবান্‌গী দিব্য ওইবা মপাওবু শ্রবণ কীর্ত্তন তৌবা পামহন্নবদা মতেঙ ওইদবা থবক্তি নৈনরিবা শ্লোকসিদা মতম মাঙহনবা নত্তনা করিমতা নত্তে হায়না হায়রি। মসি হায়বগী মরমদি করিগুম্বা শিল্লমগী থবক্কা (মতবাত অমগী ওইগে হায়রবস্থ) আত্মা অরান খুভম পীবা ঙমদে। অরান খুভম পামলিবশিংগী (মুক্তকামী-শিংগী) থবকশিং ফাওববু কান্নদবা থবক্তি হায়রিবনি মরমদি মথোয়গী থবকশিংহ্নবা মুক্তি মখল পুম্বগী থোরককম অহ্নবু খুনগৎপা ঙমদে।

বুদ্ধি ফকপা সংসারীনা ফংলিবা প্রাকৃত ওইবা পোৎলমদি মফম-মতমগী মথা পোল্লি, মানা ফংলিবদো ইহলোকসিদা (হৃন্দক্কী মপোকসিদা) ওইরবস্থ নত্রগা পরলোক্তা (হয়েংমুক্কী মপোক্তা) ওইরবস্থ। মহাক্কা স্বর্গলোক (দেবতাশিংগী লম) তান্না চৎলফাওবদা মহাক্কী ঈখৌ লাংলিবা আত্মাগী তুংকোইবা য়ুমদি থিবা ফংলোই। ঈখৌ লাংলিবা আত্মানা পেনগদবদি শোয়নাইদবা ভক্তি যোগগী মরম চাবা সাধন অহ্নতনা ওইগদবনি।

শ্লোক ৯

**ধর্ম্মস্য হ্যাপবর্গস্য নার্থোঽর্থায়োপকল্পতে।**
**নার্থস্য ধর্ম্মৈকান্তস্য কামো লাভায় হি স্মৃতঃ ॥ ৯ ॥**

শব্দার্থ

ধর্ম্মস্য—শিল্লমগী; হি—লেপ্পমক; অপবর্গস্য—অরান খুভমগী (মোক্ষগী); ন—নত্তে; অর্থ—কান্নবা; অর্থায়—প্রাকৃত ওইবা লম্ম্‌ম ফংনবগীদমক; উপকল্পতে—দমক্তি; [ন উপকল্পতে—(মহ্নগী) দমক নত্তে]; ন—নত্তে; অর্থস্য—লম্ম্‌ম ফংনবগীদমক; ধর্ম্ম এক-অন্তস্য—মথৌ অয়োবীগীদমক; কামঃ—ইন্দ্রিয় পেলহনবা; লাভায়—ফংনবগীদমক; হি—চপ চানা; স্মৃতঃ—মহান ঋষিশিংনা হায়।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

থবক শিঙ্গাং পুম্নমক লেপ্পমক অরোইবী অরান খুভমগীদমক্তি। শিঙ্গাং পুম্বা লম্ম্‌ম ফংনবগীদমক পাঙথোক্কদবা নত্তে। মশিঙ্গাংহ্ন তৌরিঙৈদা মরন মথুম ফংলকপদো ইন্দ্রিয় পেন্নবগীদমক শীজন্নগদবা নত্তে হায়না মহর্ষিশিংনা হায়রি।

নৈনরোল

ভগবানগী মফমদা শুদ্ধ ভক্তি যোগ চৎলবদি অহ্নম মশানা মপুঙ ফাবা জ্ঞান অহ্নগা বৈরাগ্য (সংসারবু লেথোকপা) ওইজরকই হায়না ঐখোয়না নৈনগ্রে। অহ্নবু মীতা থরা লৈরি, মথোয়হ্নবা থবক শিঙ্গাং পুম্নমক ধর্ম্মগী (religion) থবক পুম্বা ফাও য়াওনা, লম্ম্‌ম ফংনবগীদমক্তি হায়না হায়রি। পৃথিবীগী মফম খুদিংদা লৈবা মী অয়াম্বনা ধর্ম্মগীদমক তৌবা থবক্কী ওইরবস্থ, নত্রগা অতৈ থবক্কী ওইরবস্থ, থবক খুদিংমক লম্ম্‌ম ফংনবগীদমক্তি হায়না লৌনৈ। করি হায়নি, বৈদিক সাহিত্য-শিংদফাওবা ধর্ম্মগীদমক তৌবা থবক পুম্নমক সংসারগী লম্ম্‌ম ফংননবা তৌবনি হায়হ্নবা মীওইববু মীহৌহল্লি। অহ্নবা অয়াম্বা মীবু ধর্ম্মগী ফলশিংনা মীহৌহ্নবা চিংশল্লি। ধর্ম্মগী থবক তৌরিবা মীতাশিংবু সংসারগী লম্ম্‌ম ফংবা হায়বহ্নবা মীহৌহল্লিবা করিগীনো? মহ্নগী মরমদি লম্ম্‌ম্মা মপুহ্নগী অনিংবশিংদো থুংহল্লি। শিঙ্গাং পায়বগী চক্রসিদা ধর্ম্মগী ফল লম্ম্‌ম ফংবা অহ্নগা লম্ম্‌ম্মা অতৈ

অনিংবা পুম্ববু থুংননবা লম্ন্থুম শীজিন্নবা হায়বসি অত্থুম হায়রি। ইন্দ্রিয় পেলহনবা হায়বসি থবক তৌরিবা মী জাৎ পুম্নমক্কীদমক ওইরবা লম্বীনি। অত্থুবু শ্রীলসূত গোস্বামীগী বচনদা শ্রীমদ্ভাগবতম্গী মত মতুং ইন্না মথক্কী ৱাফমসি নৈনরিবা শ্লোক অসিনা ককথৎলি।

কনাগুম্বা অমতনা লম্ন্থুম ফংনবগীদমক্তা কবিগুম্বা থবক অমতা তৌফদে। অত্থুগা লম্ন্থুমসু ইন্দ্রিয় পেন্নবগীদমক শীজিন্নফদে। লম্ন্থুম ফংলকপদো করম্না শীজিন্নগদগে হায়বদো মখাদা তাকথরক্লি।

শ্লোক ১০

**কামস্য নেন্দ্রিয়প্রীতির্লাভো জীবেত যাবতা।**
**জীবস্য তত্ত্বজিজ্ঞাসা নার্থো যশ্চেহ কর্ম্মভিঃ ॥ ১০॥**

শব্দার্থ

কামস্য—অনীংবশিং; ন—নত্তে, ইন্দ্রিয়প্রীতিঃ—ইন্দ্রিয়শিংবু পেলহনবা; লাভঃ—ফংবা; জীবেত—হিংবা; যাবতা—মতম অত্থুফাওবা, জীবস্য—জীবগী; তত্ত্ব—পবতত্ত্ব (ভগবানগী ৱা), জিজ্ঞাসা—হংবা; (তত্ত্ব-জিজ্ঞাসা—ভগবানগী ৱাবম নৈনবা); ন—নত্তে; অর্থঃ—পাম্বা; (ন-অর্থঃ—লম্ন্থুম পাম্বগী নত্তে); যঃ—মত্থু; চ—অমস্তুং; ইহ—জগৎ অসিদা; (যঃ চ ইহ—অতোপ্পা অমা ওইববসু); কর্ম্মভিঃ—নিত্য নৈমিত্তিক ওইবা থবকশিংনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

পুন্সিগী অপাম্বদি ইন্দ্রিয় পেন্ননবগীদমক ওইগদবা নত্তে। মীওইবদি পরতত্ত্বগী হায়বদি ভগবানগী ৱারম নৈনবগীদমক্লিনা হকচাঙদা অনা-অয়েক লৈতবা পুন্সি অত্থুদং পামগদবনি। অত্থু নত্তবা অতৈ করিমতনা মাগী থবকশিংত্থুগী পম্ন্থুং ওইবা চুমদে।

নৈনবোল

মপুঙফানা ককঙাওববা প্রাকৃত সভ্যতাসে শেবান্নবা ইন্দ্রিয় পেলহন্নবগী অপাম্বশিংবু থুংহন্নবা মায়কৈবোমদা মায়ওল্লে। অসিগুম্বা সভ্যতাদদি পুন্সিগী থৌবম পুম্নমক্তা ইন্দ্রিয় পেন্নবা হায়বসিনা পোলোই ওইহন্নৈ। রাজনিতিদসু, সমাজ সেবাদসু, থবক তৌরমদাইদা ওতোপ্পগী কায়গদবা হায়না খনবদসু, বিশ্বপ্রেমদসু, মমৈ মমৈদা ধর্ম্মগীদসু, নৎত্রগা মোক্ষগী মতাঙদসু ইন্দ্রিয় পেনবগী হায়রিবা চুদাসে হেঙ্গৎ হেঙ্গৎনা চোংথোক্লুনা লৈ। রাজনীতিগী ক্ষেত্রদা মীয়ামগী লুচিংবশিংনা মখোয় মশা মশাগী ইন্দ্রিয় পেন্নবগীদমক মখোয় মশেল অমগা অমগা থেঙ্গায়নৈ। ভোটরশিংনসু মখোয়গী ইন্দ্রিয় পেলহন্নবগীদমক লুচিংবশিংনা ৱাশক্লবা মতমদা লুচিংবনি হায়-শাবশিংত্থুবু লুনা তৌই। ভোটরশিংনা মখোয়গী ইন্দ্রিয় পেন্ননবগী মতাঙদা নীংবা হেক থুংলক্তুবদা মখোয়গী লুচিংবশিংবু তাংবন্দগী চিংথুই। লুচিংবশিংদি ইতৎ তত্তনা ভোটরশিংগী ইন্দ্রিয় পেলহনবা ঙমদত্থুনা ভোটরশিংগী নীংবা কায়হল্লিবনি। হায়রিবসি কর্ম্মক্ষেত্র খুদিংমক্তা থোক্লিবনি। কনামতনা পুন্সিগী সমস্যাশিংগী মরমদা থৌ ৱা অমতা শাদে। সংসারদগী মোক্ষ (অরান খুভম) তানবগী লম্বী পাঙবশিংত্থুফাওবনা পরতত্ত্ব ভগবানদা তিনবা পাম্মী, অত্থুম্না ইন্দ্রিয় পেন্নবগী খনবনা আধ্যাত্মিক মার্গদা মশা মথন্তবু হাৎতোকচৈ। তৌইগুম্বসুং জীবনা ইন্দ্রিয় পেন্নবগীদমক্তা হিংগদবা নত্তে হায়না শ্রীমদ্ভাগবতম্দা হায়রি। হিংননবগী ইন্দ্রিয়বু পেলহনফম থোকপা শরুক অত্থুথক্তা পেলহল্লগা লোইরে, অত্থুনা

ইন্দ্রিয় পেন্নবগী ঙাক্তা পেলহনগদবা নত্তে। হকচাঙদি ইন্দ্রিয় ময়াম পুম্নগা শাবনিনা ইন্দ্রিয়শিংবু খরগীমখৈদি পেলহনবা তাই। অদুনা ইন্দ্রিয়শিংবু পেলহন্নবগী মতাঙদা বিধি ইনগদবা নিয়ম লৈ। অদুবু ইন্দ্রিয়শিং খাকপা লৈতনা ভোগ তৌনবগীদমক্তি নত্তে। খুদম ওইনা হায়রগা লুহোংবা হায়বদি মুপাগা মুপীগা তিন্নবসে অঙাঙ পোক্নবগীদি তিন্নফম থোকই, অদুগা ইন্দ্রিয় পেন্নবগীদমক ঙাক তিন্নগদবা নত্তে। ইন্দ্রিয় সংযম্ (থিংবা) মশা মশানা তৌদ্রবনি পরিবার নিয়ন্ত্রণ (অঙাং মশিং কক্নবা) তৌবিযু হায়না প্রজা মযামদা প্রচার তৌবি, অদুবু পবতত্ত্ব হায়বদি ভগবানগী রাবম হেক থিবা হৌবগা পবিবার নিযন্ত্রণ মশানা ওইজরগদবনি হায়বসে অপঙবশিংনা খঙদে। পরতত্ত্ব থিবশিংবু ইন্দ্রিয় পেনবা হাযবা কান্নদবা থবক্তা চিংশনবা ঙমদে মরমদি থরায যাওবা তত্ত্বার্থীশিং মতমপুম্বদা তত্ত্ব থিজিনবগী থবক্তা নক্সংতুনা লৈ। মবমসিনা পুন্সিগী লম খুদিংমক্তা পোলোই পান্দমদি পরতত্ত্ব থিবনা ওইগদবনি; মদুগুম্বা থবক্তা মীবু মুংংাইহনগনি মবমদি মহাক ইন্দ্রিয় পেন্নবা থবক মখল মখাদা রাংনা চঙলগনি। পরতত্ত্ব কবিনো হাযবদো মখাদা ব্যাখ্যা তৌথবক্লি।

শ্লোক ১১

**বদন্তি তত্তত্ত্ববিদস্তত্ত্বং যজ্‌জ্ঞানমদ্বয়ম্।**
**ব্রহ্মেতি পরমাত্মেতি ভগবানিতি শব্দ্যতে॥ ১১॥**

শব্দার্থ

বদন্তি—মযাম্না হায, তৎ—মদুবু, তত্ত্ববিদঃ—অওইবা কবিনো অখঙবশিংনা; তত্ত্বম্—পরতত্ত্ববু, যৎ—মদু, জ্ঞানম্—জ্ঞান, অদ্বযম্ - অনীশুদবা, ব্রহ্মইতি - ব্রহ্ম হাযন খঙনবা, পবমাত্মা ইতি—পবমাত্মা হাযনা খঙনবা, ভগবান ইতি—ভগবান হায়না খঙনবা, শব্দ্যতে—খোম্থোক্লে।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অদ্বয (অনীশুদবা) তত্ত্ববু খঙবা মীশিংনা অনীশুদবা পোৎ (অদ্বযবস্তু) অসিবু ব্রহ্ম নত্রগা পবমাত্মা নত্রগা ভগবান্ হাযনা কৌনৈ।

নৈনবোল

অদ্বয তত্ত্বদি আশ্রয অমসুং বিষয় অনীমক ওই, অদুগা অনীসিগী মনুংদা গুণগী খেন্নবা লৈতে। মবমদুনা ব্রহ্মনে পবমাত্মানে অদুগা ভগবাননে অহুম্মক গুণগী ওইনা যেংলগদি অমতনি হায়বদি খেন্নবা লৈতে। পোৎশক অমত্তসিবু উপনিষৎকী বিদ্যার্থীশিংনা নির্বিশেষ (শরীরদবা) ব্রহ্ম হায়না উপলব্ধি তৌই, হিবণ্যগর্ভশিংনা হাযবদি ধ্যান তৌবা যোগীশিংনা পবমাত্মা হায়না উপলব্ধি তৌই, অদুগা ভক্তশিংনা ভগবান হাযনা উপলব্ধি তৌই। অমরোমদা হায়বগা ভগবান হায়বদি সবিশেষ পবমেশ্বব হায়বসিনা পরতত্ত্ব (অদ্বয় বস্তু) অদুবু খঙনবা অবোযবা ৱাহৈনি। পবমাত্মাদি পরমেশ্বর ভগবানগী অংশনি, অদুগা নির্বিশেষ (নিরাকার) ব্রহ্মনা সূর্য্যদেব (নুমিৎ) হায়বদুগী মফমদা মাগী মঙাল্না ওইবগুম্না ভগবানগী হকচাঙদগী থোরকপা মঙাল্নি। ব্রহ্ম অমসুং পরমাত্মাবু উরিবা কাঙবু অনীসিগী মীতাশিংনা খঙবা ৱাংপনা মখোয় মখোয়গী উপলব্ধি অদুতবু শোগৎতুনা পঙঙাঙ মঙাঙজে; তৌইগুম্বসুং পরতত্ত্ববু মপুঙ ফানা উরবা মীতাশিংনা অদ্বয়তত্ত্ব ভগবানগী শক্লোন অহুম অসি মীৎয়েং ভোঙান তোঙান য়েংবদগী খেন্নবা উবনি হায়বা খঙই।

পরম সত্যদি (পরতত্ত্বদি) মনীংতম্বনি, অখণ্ডবনি, অমসুং মায়াগী বাংমদা লৈবনি হায়না অহানবা অধ্যায়গী অহানবা শ্লোক্তা তাকপ্রে। মথক্তা লেপ্পা ঙমদবা জগৎতদি অখণ্ডবা মাগা মানা খণ্ডলিবা পোৎ অদুগা তোঙান্ তানা খেন্নে অদুগা পরতত্ত্বদদি অখণ্ডবা মাগা মানা খণ্ডলিবদুগা অমত্তনি হায়দি খেন্নদে। মথক্তা লেপ্পা ঙমদবা জগৎতদি অখণ্ডবা কনানো হায়ববু হিংলিবা আত্মাদুনি হায়বদি অহেনবা শক্তিদুনি অমসুং খণ্ডলবা পোৎ হায়বদুনা থরায় পান্দবা পোৎ (জড় পদাথ) অদুনি হায়বদি হন্থবা শক্তি হ য়বদুনি। মরমসিনা হন্থবা অমসুং অহেনবা শক্তি অনী থোকই (দ্বৈত ভাব লৈ), অদুগা পরতত্ত্বগী থামদদি অখণ্ডবা মাসু অদুগা মানা খণ্ডলিবা অদুসু অহেনবা শক্তিগী ঙাক্তনি। পরমশক্তিমান্ ওইবা মহাক্কী শক্তি মখল অহুম লৈ। শক্তিগা শক্তিগী মপুগা (শক্তিমান্গা) অনীগী মরক্তা খেন্নবা লৈতে। অদুবু শক্তিগী মগুণ য়েংলগদি খেন্নবা লৈ। পরমধামগা জীবশিংগা পরা শক্তি (অহেনবা শক্তি) অদু ঙাক্তনি, অদুবু জড় (থরায়পান্দবা) জগৎসে অপরা শক্তিনি (হন্থবা শক্তিনি)। জীব হায়বসিনা হন্থবা শক্তি মায়াগা থেংনবদগী মহাক হন্থবা শক্তিগী ওইরিবনি হায়না খন্দুনা মায়ালাংদা থুদুনা লৈ। মরমসিনা জড় জগৎসিদদি অমগা অমগা ঙায়নবা হায়বদি অমনা অমগী মথা পোন্নবা হায়বদো থোকই। পরমধামদদি অখণ্ডবা মাগা মানা খণ্ডলিবদুগা অনীগী মরক্তা খেন্নবা লৈতে, মরমদুনা ধাম অদুদদি লৈরিবা থুদিংমক মনীংতম্বনি।

শ্লোক ১২

**তচ্ছ্রদ্দধানা মুনয়ো জ্ঞানবৈরাগ্যযুক্তয়া।**
**পশ্যন্ত্যাত্মনি চাত্মানং ভক্ত্যাশ্রুতগৃহীতয়া॥ ১২॥**

শব্দার্থ

তৎ—মদুবু; শ্রদ্দধানাঃ—থাজবগা লোয়ননা থিজিল্লিবা; মুনয়ঃ—মুনিশিংনা; জ্ঞান—মপুঙফাবা লৌশিং; বৈরাগ্য—সংসার থাদোকপা; যুক্তয়া—য়াওরবা; পশ্যন্তি—উই; আত্মনি—মশাদা; চ অমসুং; আত্মানম্—পরমাত্মাবু; ভক্ত্যা—ভক্তিগী মপান্না; শ্রুত—বেদ; গৃহীতয়া—নীংথিনা লৌশল্লবা; (শ্রুত-গৃহীতয়া—গুরুমুখদগী বেদান্ত শ্রবণ তৌবনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রাকৃত নত্তবা পোৎপু চেংনা থাজবা মুনিনা (কীর্ত্তনকারীনা) জ্ঞান অমসুং বৈরাগ্য (ইন্দ্রিয় পেন্নবা ভোগ তৌবা থাদোকপা) হায়বা খুৎলাইগী মপান্না তৌবা সেবাগী (ভক্তিগী) ফল ওইনা মশাগী শেংলবা থম্মোয়দুংদা পরমাত্মাগী মশক ওইরিবা তত্ত্ব বস্তুদুবু উজে।

নৈনরোল

পরমতত্ত্ব ওইবা পরমেশ্বর ভগবান্ বাসুদেব প্রভুদুবু ভক্তি সেবা তৌজরগদা পরতত্ত্ববু মপুঙফানা খঙবা ঙম্মী। ব্রহ্মাদি ইবুংঙো মহাক্কী হকচাংদগী থোরকপা প্রাকৃত-নত্তবা মঙাল্নি। অদুগা পরমাত্মানা মাগী অংশনি (শরুক্তি)। অসুম্না ওইবা মরম্না, ব্রহ্মবু নৎত্রগা পরমাত্মাবু উবা (উপলব্ধি তৌবা) হায়বসে মচেৎ ওইনা উবনি। কর্ম্মী, জ্ঞানী, যোগী অমসুং ভক্ত হায়দুনা মী মখল মরিখক লৈ। কর্ম্মীশিংদি লম্ব্ুম তানবা সংসারীনি; অদুগা অতোপ্পা অহুমসিনা পরমার্থ থিবা জাৎনি। পুরুষোত্তম ভগবানবু ফংজরবা ভক্তশিংনা মকোক থোংবা পরমার্থীনি। মথঙনা ভগবানগী অংশ পরমাত্মাবু উরবা মখোয়দুনি। মদুগী মথঙনা পরমেশ্বর ভগবানবু হায়কেৎতমক উরিবা মখোয়দুনি। পরমেশ্বর

ভগবানবু ফংবদি মপুঙ ফাবা জ্ঞান্ অমসুং বিষয় ভোগ তৌবা পামদবা বৈরাগ্য হায়বত্তুগা অনীসিনা শৌগৎলবা ভক্তিতনা পান্বে ওইরগদা ফংগদবনি হায়না শ্রীমদ্ভাগবদগীতানচিংবা বেদশাস্ত্র খিবিক্লা হায়। ভক্তিগী ফল ওইনা জ্ঞান অমসুং বৈরাগ্য ওইরকই হায়বসি হাল্লনা নৈনগ্রে। ব্রহ্মবু অমসুং পরমাত্মাবু উবদি পরতত্ত্ববু মপুঙ ফাদবা মউনি হায়রবনিনা ব্রহ্ম অমসুং পরমাত্মাবু ফংনবা উপায় হায়বদি জ্ঞান মার্গ অমসুং যোগমার্গ অনীসিসু পরমসত্তাবু ফংননবগী মপুঙ ফাদবা উপায় হায়বত্তুনি। লম্ম্‌ম থাদোকপা হায়বা বৈরাগ্যগা তিল্লরবা মপুঙ ফারবা জ্ঞান হায়বত্তুনা য়ুমফম ওইরিবা অমসুং বেদান্তশ্রুতিবু নাকোঙগা নাকোঙগনা লৌনরগা লেপ্পত্তুনা পুখোল্লবা ভক্তি সেবানা পরতত্ত্ববু চেৎনা থাজরত্তুনা খিরিবা সাধকনা পরতত্ত্ববু ফংনবগী অমত্তা ভায়বা উপায়নি। মরমসিনা ভক্তিমার্গ অসে বুদ্ধি ৱাৎপা পরমার্থী কাঙবুগী নত্তে। উত্তম (মকোক), মধ্যম (ময়ায়), অধম (মমৈ) হায়না ভক্ত মখল অহুম্নি। অধম শ্রেণীগী হায়বদি অনৌবা সাধক ভক্তগীদি জ্ঞান বৈরাগ্য লৈতে; অদুবু মখোয়বুদি মন্দিরদা লাৎলিবা বিগ্রহবু উপাসনা তৌবগী অহৌবা সেবানা চিংশিল্লি; মরমত্তুনা মখোয়সিবু লম্ম্‌ম পাম্বা ভক্ত হায়না কৌই। লম্ম্‌ম পাম্বা ভক্তশিংসে অপ্রাকৃত ফল ফংববুদি লম্ম্‌ম ফংবদা থরাই লুপ শিল্লি। মরমসিনা লনথুম পাম্বগী ভক্তি সেবাদা চংলগা মধ্যম শ্রেণীগী ভক্তগী মফমদা কাখৎনবা হোৎনগদবনি। মধ্যম শ্রেণীগী মফম যৌরবদা ভক্তনা উগদবা পোৎলম মরিনি, মত্তুদি—পরমেশ্বর ভগবান্, মাগী ভক্তশিং, খঙদবা মীতাশিং, অমদি কলক খম্বন চাওবা মীতাশিং। য়ামদ্রবদা মধ্যম শ্রেণীগী থাকসিফাওবদি কাখৎনবা হোৎনগদবনি, অদুম তৌরগদা পরতত্ত্ববু খঙনবা তৌবদা মতীক চাগনি।

অধম শ্রেণীগী ভক্ত অমনা ভাগবতকী মরমদা মৱা চৎলিবা মফমদগী ভক্তি সেবাগী মরমদা পাওতাক লৌগদবনি। ভাগবত মকোক্লা লেঙদ্রবা ভক্ত মশাত্তুনি, অত্তুগা অতোপ্পা ভাগবত অমনা ভগবানগী মপাওনি। মরমসিনা অধ্যম শ্রেণীগী ভক্তনা ভাগবত ভক্তগী মনাক্তা চত্ত্‌না ভক্তি সেবাগী মরমদা পাওতাক লৌগদবনি। অসিগুম্বা ভাগবত ভক্তসে শ্রীমদ্ভাগবতম্ ব্যাখ্যানা হিংনবগী মশিন ওইরিবা মীতাদো নত্তে। হায়রিবা ভাগবত ভক্তসিদি সূত গোস্বামীনা ওইবগুম্বা শুকদেব গোস্বামীগী প্রতিনিধি ওইগদবনি অমসুং মী পুম্নমক্কী মায়কৈগুনা য়াইফনবগীদমক ভক্তি সেবাগী ধর্ম্মবু প্রচার তৌগদবনি। অধম ভক্তশিংনা মৱাচৎপা মহাজনশিংদগী শ্রবণ তৌনীংদে। অসিগুম্বা অধম ভক্তনা মশাগী ইন্দ্রিয় পেন্নবগীদমক শেন্দান শিল্লমগী মীতাদগী ৱা তারগা ৱা তারিনা হায়বা মতৌ অমা উৎনবা হোৎনৈ। মসিগুম্বা শ্রবণ অমদি কীর্ত্তনগী মতৌনা পুম্নাঙ মাঙনবা ওইববনি। মরমসিনা অসিগুম্বা অবানবা মওংসিগী মতাঙদা য়াম্না চেকশিনগদবনি। ভগবদগীতাদা অমদি শ্রীমদ্ভাগবতমদা তাক্লিবা ভগবানগী মপাও খিবিকসে চিংনবা লৈতনা হায়রবদা দিব্য বিষয় ঙাক্তনি; অদুম ওইনমক অসিগুম্বা দিব্য বিষয়শিংসে শেন্দান শিল্লমগী মীতাদগী তাগদবা লৌগদবা নত্তে, মরমদি তাঙজ লীলনা শঙ্গোম্বু মরৈনা শোক্লমগা মাঙহনবগুম শেন্দান শিল্লমগী মীতানা ভগবানগী মপাওবু মাঙহল্লি।

মরমসিনা পুকচেল শেঙনা ভক্ত ওইগে নীঙলবা মীনা মশাগী কান্নবা ফংগে হায়রবদি বৈদিক সাহিত্য, উপনিষদ্‌শিং, বেদান্তনচিংবা অতৈ শাস্ত্রশিং—মমাঙঙৈগী মহাজনশিং হায়বদি গোস্বামীশিংনা থম্মীরম্বা বৈদিক সাহিত্যশিংসে শ্রবণ তৌনবা শেম শাৱা তারে। অসিগুম্বা সাহিত্যশিংসে শ্রবণ তৌদ্রগদি ভক্তিগী মায়কৈরোমদা অকারম্ ফংবা ঙম্লোই। পাওতাকশিংদো শ্রবণ তৌরগা খুত্থং ইন্দ্রগদি ভক্তি সেবা তৌরি হায়শন্নত্তুনা উৎতমক উৎপনদি করিমতা কান্নরোই, মরমত্তুনা ভক্তিগী লম্বীদা অকায়বা মথল অমত্তুম ওইরক্কনি। মরমসিনা তৌরিবা ভক্তিসেবা মতৌদো শ্রুতি, স্মৃতি, পুরাণ অমদি পঞ্চরাত্রনচিংবনা য়ুম্ফম ওইত্তুনা তৌদ্রবদি ভক্তি চৎলি হায়ন্নত্তুনা উৎশন্নবদো তৌফদে।

মহাজনশিংনা উৎপা লম্বীদা চত্তবা ভক্ত অমবু অশেঙবা ভক্ত অমনি হায়না লৌরোইদবনি। বৈদিক সাহিত্যশিংগী মপাওবু মমুৎ তানা খঙহুনা লৌশল্লগা ভগবানগী বিভু ওইবা পরমাত্মা শক্লক অহুবু মথম্মোয়ন্নুংদা মতমচুপ্পা উবা ফংগনি। মসিবু সমাধি কৌই।

শ্লোক ১৩

**অতঃ পুম্ভির্দ্বিজশ্রেষ্ঠা বর্ণাশ্রমবিভাগশঃ।**
**স্বনুষ্ঠিতস্য ধর্ম্মস্য সংসিদ্ধির্হরিতোষণম্ ॥ ১৩ ॥**

শব্দার্থ

অতঃ—মরমহুনা; পুম্ভিঃ—মীশিংনা; দ্বিজশ্রেষ্ঠাঃ—অনীরক হুন্না পোক্লবশিংগী মরক্তা অথোয়বা ওইরিবশা; বর্ণ-আশ্রম—মীখল মরিগী অমদি পুন্সি তাংকক মরিগী ধর্ম্ম; বিভাগশঃ—খায়দোক্লুনা; (বর্ণ-আশ্রম বিভাগশঃ—বর্ণ মরি অমদি আশ্রম মরি থোক্লা খায়দোক্লুনা); স্বনুষ্ঠিতস্য—কনাগুম্বগী তাক্লিবা মথৌগী; ধর্ম্মস্য—মথৌগী; সংসিদ্ধিঃ—পাঙথোকপা; হরি—পরমেশ্বর ভগবান; তোষণম্—পেলহনবা; (হরিতোষণম্—হরিবু পেলহনবা)।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

দ্বিজলক্তা অথোয়বা ওইরিবশিং, মরমহুনা লেপ্পরিবদি অসিনি বর্ণ-আশ্রমগী মতুং ইন্না খায়দোক্লগা তাক্লিবা মথৌশিংহু তৌরগা মপূঙ ফানা পাঙথোকপা হায়বহুদি পরমেশ্বর ভগবান্‌বু পেলহনবা হায়বহুনি।

নৈনরোল্ল

পৃথিবী পুম্বদা লৈরিবা মীওইবগী সমাজবু বর্ণ মরি থোক্লা অহুগা আশ্রম মরি থোক্লা খায়রি। বর্ণ মরিদি বুদ্ধি লৈবা কাঙলুপ (ব্রাহ্মণ), লাম্মী কাঙলুপ (ক্ষত্রিয়), লল্লোল ইতিক তৌবা কাঙলুপ (বৈশ্য), শিন্মী (শূদ্র) কাঙলুপ অসিনি। বর্ণশিং খায়দোকপসি মাগী মাগী থবক অমসুং গুণ (হৈনবা) মতুং ইন্না খায়বনি। অহুনা মপোক্কী মতুং ইনবা নত্তে। অহুদগী অমুক পুন্সি তাংকক (আশ্রম) মরি থোক্লসু খায়রি, মহুদি—ব্রহ্মচর্য্য (মহে তম্বগী মতাঙ), গার্হস্থ (য়ুম্বানবগী মতাঙ), বান-প্রস্থ (য়ুম্বানবা তোক্লুনা বনদা লৈবা), যতি নত্রগা সন্ন্যাস (লম্বোইহুনা লাই নীঙবা)। মীওইবা সমাজগী থ্বাইদগী হেনবা য়াইফবা হায়বহু ওইহনগে হায়রবদি অসিগুম্বা পুন্সিগী খায়দোকপা মতাঙসে লৈগদবনি। নৎত্রগদি সমাজ অমা তিনজং কায়জংদনা হিংবা ঙম্মোই। মথক্তা হায়গ্রবা আশ্রম খুদিংমক্তা পুন্সিগী পান্দম (লক্ষ্য, উদ্দেশ্য) ওইনা থমগদবদি পরমেশ্বর ভগবান্ মপু-মকোক মহাকপু পেলহনবনা ওইগদবনি। অসুম্না মীওইবগী সমাজগী শেম্লিবা থবকসিবু বর্ণাশ্রম ধর্ম্ম হায়না খঙনৈ, অহুগা খায়দোক্লিবসিসু সভ্যজীবনগী (চাওখৎলবা পুন্সিগী) মশানা ওইফম থোক্লুনা খায়বনি। বর্ণা-শ্রম ধর্ম্ম শেমখিবসে পরম তত্ত্ববু খঙবদা মীওইববু মতেং পাংনবনি। মসি অমনা অমবু নমথুনবগী-দমক শেম্বা নত্তে। ইন্দ্রিয় পেন্নবগী (ইন্দ্রিয়তৃপ্তিগী) রাখন্দা কা হেঞ্জনমনখিহুনা পরম তত্ত্ববু খঙবা হায়বা পুন্সি পান্দমসে মাঙগ্রবা মতমদা মশাগী ওইজথিবা মীতাশিংনা মতু-শোনবা মীশিংবু নমথুহুনা মথক্তা কাখৎনবগী ওইদবা মওংগী থৌরাংদা বর্ণাশ্রম ধর্ম্মবু শীজন্নৈ। কলি যুগ হায়বদি খৎনবগী যুগ

অসিদা ওইদবা মওংগী থক-তোংবা হায়বসি চৎনরি। অদুবু হেন্না জ্ঞান তাবা মীতাশিংনা য়াম্না মুন্না খণ্ডলিবদি বর্ণাশ্রম হায়বা বিভাগশিংসে (খায়দোকপশিংসে) অমগা অমগা তিন্নবদা (সমাজিক সম্পর্কদা) ইরেনজনা চখনবগী অদুগা অরাংবা রাখলগী আত্মা উপলব্ধি ফংননবগীদমক্তনি, অতৈ অতোপ্পা মরম অমগী নত্তে।

মফমসিদা ভাগবতনা হায়রিবদি পুন্সিগী রাংলেন রাংবা উদ্দেশ্যদি (পান্দমদি) হায়বদি বর্ণাশ্রম ধর্ম্ম পাঙথোকপগী রাংলেন রাংবা মপাংথোক্তি ভগবান্বু পেলহন্নবা তৌবদা ময়াম পুম্নমক তিন্নদুনা হোৎনমিন্নবা হায়বসিনি। রাফমসি ভগবদগীতানসু য়ারবনি। (ভগবদগীতাঃ ৪।১৩)

শ্লোক ১৪

**তস্মাদেকেন মনসা ভগবান্ সাত্বতাং পতিঃ।**
**শ্রোতব্যঃ কীর্ত্তিতব্যশ্চ ধ্যেয়ঃ পূজ্যশ্চনিত্যদা॥ ১৪॥**

শব্দার্থ

তস্মাৎ—মরমদুনা; একেন—অমতনা; মনসা—পুক্নীংনা; ভগবান্—ভগবান্; সাত্বতাম্—ভক্তশিংগী; পতিঃ—ঙাকপি শেনবিবা মপু; শ্রোতব্যঃ—নাকোঙনা তাগদবা ওই; কীর্ত্তিতব্যঃ—শক শোনগদবা ওই; চ—অমসুং; ধ্যেয়ঃ—নীঙশিংগদবা ওই; পূজ্যঃ—পূজা তৌগদবা ওই; চ—অমসুং; নিত্যদা—মতম পুম্বদা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মরমদুনা, পুক্নীং লোঙদবমখৈ ভক্তশিংবু ঙাকপি শেন্বিরিবা ভগবান্গী মরমদা মতম পুম্বদা শ্রবণ অমসুং কীর্ত্তন তৌগদবনি, অদুগা ভগবান্বু নীঙশিংগদবনি অমসুং পূজা তৌগদবনি।

নৈনরোল

পরতত্ত্ববু খঙবা হায়বসিনা পুন্সিগী খমথেংবা পান্দম ওইরবদি হায়রিবসে শোয়দনমক তৌগদবনি মথক্তা পনখ্রিবা পুন্সিগী বর্ণ অমসুং আশ্রম খুদিংমক্তা শ্রবণ (নাকোঙনা হরি কথা তাবা), (তারিবা রাদু) কীর্ত্তন (শক শোনবা), ধ্যান (নীঙশিংবা), অদুগা পূজা হায়রিবা মরম মরিসে ময়াম লোইনমক্তা তৌফম থোকপনি। জীবশিংগী মথৌশিংদি হায়রিবা থবক মখল মরিসিনি। থোইদোক হেন্দোক্লা হৌজিক কালগী সমাজদদি শ্রবণ অমদি কীর্ত্তনগী মপান তাংলিবনি। সমাজলক্তা লৈরু লৈরুবা ফীভম অমগী মী অমনা মিং চৎপা অফাওবা অমা মতম খরদগী মনুংদা ওইবা ঙম্মী করিগুম্বা মহাকপু চুম্না হায়রিবনি খঙদে লাম্না হায়রিবনি খঙদে পাউজেল চেশিংদা মগুণ কীর্ত্তন তৌবিরবদি (শকশোনবিরবদি)। করিগুম্বা মতমদা থোইদোকপা রাজনৈতিক দল অমগী নেতাশিংবুসু পাওজেল চেগী থোঙদা প্রচার তৌই, অসিগুম্বা মওংগী শক শোনবনা (গুণকীর্ত্তন তৌবনা) করিসু লৈরমদবা মী অমনা মরু ওইবা মী অমা ওইরকই—মতম খরদংগী মনুংদা। অদুবু মতীক চাদবা মী অমবু মতৌ অসুম্না শক শোন্দুনা থাগৎপা অসিনা মীশক মাগীসু অদুগা সমাজগীসু করিসু ফনঙাই ওইদে। মসিগুম্বা প্রচারগী ফলদি মতম খরগীদমক ময়াম্না তাবীবা য়াই, অদুগা তুংকোইবা ফলদি ওইবা ঙমদে। অদুনা অসিগুম্বা থৌদোসে মতম অরেম্বদা মাঙহনবা হায়বদুনি। কীর্ত্তন তৌবগী অওইবা পাত্রদি পরমেশ্বর ভগবান্দনি। মহাশক্তি ঐখোয়গী মাঙদা উরিবা পোৎ পুম্নমক সৃষ্টি তৌবনি। রাফমসি 'জন্মাদ্যস্য' না হৌবা ভাগবতকী শ্লোক অদু হৌবদগী পাক্লা নৈনখ্রবনি। অতোপ্পবু শকশোন্নীংবা অদুগা অতোপ্পগী রা তানীংবা হান্নবা পুকচেলদো শক শোন্নীঙাইগী অশেঙবা পাত্র ওইরিবা পরমেশ্বর ভগবান্গী মায়কৈরোমদা চঙহনগদবনি। মদুতনা মুংঙাইবা পুরক্নি।

### শ্লোক ১৫

**যদনুধ্যাসিনা যুক্তাঃ কর্মগ্রন্থিনিবন্ধনম্।**
**ছিন্দন্তি কোবিদাস্তস্য কো ন কুর্য্যাৎকথারতিম্ ॥ ১৫ ॥**

### শব্দার্থ

যৎ—মহাক্; অনুধ্যা—নীঙশীংবা, অসিনা—থাঙশাংনা; (অনুধ্যা অসিনা—নীঙশিংবা কৌবা থাঙ-শাংনা); যুক্তাঃ—লোয়নবা; কর্ম—মহৈ চাবা থবক; গ্রন্থি—কিশি; নিবন্ধনম্—কিশি কিরবা; (কর্ম-গ্রন্থি নিবন্ধনম্—মহৈ চাবগী ওইবা থবক্কী কিশি কিহুনা পুনবহুবু); ছিন্দন্তি—ককই; কোবিদাঃ—অখঙব-শিংনা; তস্য—মহাক্কী; কঃ—কনানা; ন কুর্য্যাৎ—তৌবোইদগে; কথা—ৱাবী; রতিম্—থৱায় য়াওবা; (কথা রতিম্—ৱাবীদা থৱায় য়াওবা)।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অখঙবা মীশিংনা ভগবানবু নীঙশীঙবা কৌবা থাঙশাংনা মহৈ প স্ব। থবক্কী কিশি বিহুনা পুনবহুবু ককথৎলি। মরমহুনা মাগী (ভগবান্‌গী) ৱারীদা কবিগী থৱায় যাওরোইদগে?

### নৈনরোল

জীবাত্মানা প্রকৃতিগী পঞ্চভূতকা শম্নবনা কিশি অমা কিরকই। কনাগুম্বনা কর্মগী ফলদগী লাম্বোক্লীংলবদি কিশিসে লোথোকপা তাবনি। অরান খুভম ফংবা হায়বদি ফল পোকপা কর্মগী চক্রদগী লাম্বোকপা হায়বনি। পরমেশ্বর ভগবান্‌গী দিব্য লীলাশিংবু তত্তুনা নীংশিংবা মীগী অরান খুভম (মোক্ষ) হায়বসে মরায়না অত্থুম লাকচবনি। অরাম খুভমসি অত্থুম মরাকচৈ হায়বগী মরমদি পরমেশ্বর ভগবান্‌গী লীলাশিংদি প্রকৃতিগী গুণশিংগী ৱাংমদা লৈবনি। লীলাশিংদো পুন্নমকপু চিংশনঙম্বা দিব্য কর্ম ওাক্তনি, মরমহুনা ভগবানগী দিব্য লীলাশিংগা মতম পুম্বদা শম্নরবদি মায়ালাংদা থুরবা আত্মাদো অসুম অসুম মশক শেংগৎলক্লুনা প্রকৃতিনা পুনবদো থদৎলি।

মরমহুনা প্রাকৃত-বন্ধনদগী লাম্বোকপা হায়বসে ভক্তিগী শাগোন্নরকপা পোথোকনি। আধ্যাত্মিক জ্ঞান ফংবদনা (আত্মাগী মরমদা খঙবদনা) অরান খুভম ফংবা শোয়দ্রে হায়বা য়াদে। অসিগুম্বা জ্ঞানহুগী মথক্তা ভক্তি তৈশনবা তাই, মত্থুম তৌবনা কোম্বংদা ভক্তিদনা থোইদোকহৌগনি। মতম-হুদা অরান খুভম হায়বহু শোয়দ্রবনি। সকাম কর্মীশিংগী কর্মতনসু ভক্তিগা তিন্নরবদি কর্মীশিংহুনা মোক্ষ ফংবা ঙমগনি। ভক্তিগা তিন্নরবা (ভক্তিমিশ্র) থবকপু কর্মযোগ কৌই। মতৌ অত্থুগুম্না ইন্দ্রিয়গী মতেংনা ফংবা জ্ঞানবু (খঙববু) ভক্তিমিশ্র ওইরবদি জ্ঞানযোগ কৌই। তৌইগুম্বসুং পুমশেঙ শেংবা ভক্তিযোগদি হায়রিবা কর্ম-জ্ঞান অনীসি য়ানদ্রবনি, মরমদি ভক্তিযোগ অসিনা ভক্তহুবু মায়ালাংদ। থুরবা পুন্সিদগী অরান খুভম ফংহনবদা নত্তনা ভগবানবু প্রেম সেবা তৌবা (মুংশিনা থৌগনজবা) হায়বহু ফংহল্লী।

মরমসিনা খঙবা ৱাৎপা মী নত্তবা জ্ঞান তাবা মীনা অতৎ অথম লৈতনা পরমেশ্বর ভগবান্‌গী মরমদা শ্রবণ তৌহুনা, মগুণ শক শোন্দুনা, মহাকপু মতম পুম্বদা পূজা ধ্যান তৌহুনা মহাকপু কাউকরোইদবনি। মসি ভক্তিযোগগী মপুঙ ফাবা মওংনি। বৃন্দাবনগী গোস্বামীশিংনা শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুগী য়াথং মতুংইন্না ভক্তি ধর্ম প্রচার তৌনবগীদমক মথক্তা হায়রিবা নিয়ম অসি চৎলম্মী অত্থুগা

ঐখোয় খ্বায়গী কান্নবা হায়তুনা পরমার্থ বিদ্যাগী মরমদা লাইরিক য়াম্না লেংলম্মী। মখোয়না শ্রীমদ্ভাগবতম্‌নচিংবা মহাজন কৃত লাইরিক কয়াগী পাওতাক মতুংইন্না তোঙান তাক্নিবা বর্ণ অমদি আশ্রমশিংগী মীতা মখল পুম্নগী চৎকদবা লম্বীশিংতু ইতুনা তাক্লম্মী।

### শ্লোক ১৬

**শুশ্রূষোঃ শ্রদ্দধানস্য বাসুদেবকথারুচিঃ।**
**স্যান্মহৎসেবয়া বিপ্রাঃ পুণ্যতীর্থনিষেবণাৎ ॥ ১৬ ॥**

### শব্দার্থ

শুশ্রূষঃ—শ্রবণ তৌনীংবা মীগী; শ্রদ্দধানস্য—চেৎনা থাজবা মীগী; বাসুদেব—শ্রীহরিগী; কথা—ৱারী; রুচিঃ—পামশনবা (আসক্তি); (বাসুদেবকথারুচিঃ—শ্রীবাসুদেবগী ৱারী পাম্বা); স্যাৎ—ওইথোক্ত-ঙাইনি; মহৎসেবয়া—বিশুদ্ধভক্তশিংবু সেবা তৌবনা; বিপ্রাঃ—হে ব্রাহ্মণ ঋষিশিং; পুণ্যতীর্থ—পাপ পুমকোক কোক্লবশিংঃ নিষেবণাৎ সেবা তৌবনা; (পুণ্যতীর্থনিষেবণাৎ – পাপ চেন্দ্রবা মীশিংবু সেবা তৌবনা)।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে (শৌনকানচিংবা) ঋষিশিং, পাপ পুমকোক কোক্লবা ভক্তশিংবু সেবা তৌবনা অৱাংবা থাক্কী সেবা তৌবা ওইয়ে। অসি সেবা তৌবদগী সেবা তৌরিবা মীতুনা বাসুদেবগী কথাবু (ৱারীবু) শ্রবণ তৌনীংখৎলকই।

### নৈনবোল

জীবগী মায়া লাংদা থুবা পুন্সিসে ভগবান্‌না হায়বা ইন্দবদগী ওইরকপনি। দেব কৌবা মী জাৎ অমা লৈ; অতুগা অসুর (হিংচাবা) কৌবা মী জাৎ অমা লৈ। অসুরশিংদি ভগবান্‌বু মপুনি হায়বা য়াদে। ভগবদগীতাগী তরাতরুক শুবা অধ্যায়দা অসুরশিংসে করম্বা মীতানো হায়বদো তাক্লি। মতুদা হায়রিবদি অসুরশিংবু হেন্না হেন্না তোম্বা পঙথবা পুন্সিদো মপোক মপোক খুদিংদা ফংহল্লী হায়বসিনি। মতৌ অসুম্না তোল্লবা শা ঙাগী পুন্সিদা পোকপনা পরমতত্ত্ব ওইবা শ্রীভগবানগী মপাও করিমতা খঙদ্রে। অসুরশিংসে অসুম অসুম চুমথোকপীরকপনা ভগবান্ লৈ হায়বসে খঙজরকই—ভগবান্‌গী ইচ্ছা মতুং ইন্না দেশ মখল মখাদা লৈবা ভগবান্‌গী মুক্ত ভক্তশিংগী কৃপা ফংলবা মতমদা। অসিগুম্বা ভগবান্‌গী ভক্তশিংদি ভগবান্‌গী মন্নুং হনজনবা পার্ষদ্ (লোইন) ময়ামতুনি। মখোয়সিনা মীওইবগী সমাজবু ঈশ্বর থাজদবা অধর্ম্মগী ওইবা ফীভমদগী কনবীগে হায়না লাকপা মতমদা মখোয়বু ভগবান্‌গী শক্তি চেনবা অবতার নত্রগা ভগবান্‌গী মচানুপা নৎত্রগা ভগবান্‌গী মনাই (সেবক) নৎত্রগা ভগবান্‌গী পরিষদ্ (মন্নুং হনজন্না লৈবা লোইন) হায়না খঙনৈ। অতুবু মখোয় কনামতনা মশা মশাবু ভগবান্‌নি হায়দে। অসুরশিংদি ঈশ্বরবু য়াদে। অসিগুম্বা অসুরশিংগী তুং ইন্লিবা অসুর পুকচেল চেনবা মীতাশিংনা ঈশ্বর শাসন্নবা কনাবু ঈশ্বরনি নৎত্রগা ঈশ্বরগী অবতার অমনি হায়রুনা লৌনৈ। লাইতাক ওইবা শাস্ত্রশিংদা ভগবান্‌গী অবতারগী চপ চাবা ৱা য়াওরি। হায়রিবা শাস্ত্রশিংসিগা চানদ্রবদি কনামতবু ঈশ্বরনি নৎত্রগা মাগী অবতারনি হায়না লৌবা চুমদবনি।

ভগবান্‌গী নাক্তা হনবা পান্বা ভক্তশিংনা ভগবান্‌গী ভক্তশিংবু ভগবান্‌বু লুনা তৌবগুম্বা লুনা তৌগদবনি। অসিগুম্বা ভগবান্‌গী ভক্তশিংবু মহাত্মা নৎত্রগা তীর্থ হায়না কৌনৈ অদুগা মখোয়সিনা মক্ষম মতম য়েংলগা প্রচার তৌই। ভগবান্‌গী মনাইশিংনা মী অতৈবু ভগবদ্ভক্ত ওইনবা তৌ হায়। মখোয়বু কনাগুম্বনা ঈশ্বরনি হায়না হায়রবদি মতুদা মখোয় খাঙবা ঙমদে। শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভু লাইতাক শাস্ত্রগী মতুং ইন্না ঈশ্বর ভগবান্‌নি, অদুবু মহাক ভক্ত অমা ওইনা চৎলম্মী। মহাকপু ভগবান্‌নি হায়না খঙবা মীতাশিংনা ভগবান্ হায়না কৌরকপা মতমদা মহাক্না মনাকোঙ অনী খুৎনা মেনশল্লগা ভগবান্ বিষ্ণুগী নাম শোন্দুনা খাঙভী। মহাক ভগবান্‌নি হায়বসিদা চিংনবা অমতা লৈত্রবসু মহাকপু কনাগুম্বনা ভগবান্ হায়না কৌরকপদা মহাক্না য়াম্না কন্না প্রতিবাদ তৌরম্মী। ভগবান্ শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা অদুম্না তৌরম্বগী মরমদি কনাগুম্বা হালেংদবা মীতাশিংনা মখোয়বু ভগবান্ হায়না কৌরকপদা হুরাওবা য়াওরবদি মতুদা য়াওশল্লুদনবগী চেকশন্নবা হায়দুনা তৌরম্বনি।

ভগবান্‌গী মনাইশিংনা ভগবৎ-ভাবনা প্রচার তৌগে হায়বগী লাকই। পঙদবা মীশিংনা মখোয়দা য়ারিমখৈ মতেং পীগদবনি। ভগবান্‌গী মনাইবু সেবা তৌরগা ভগবান্ মশামকপু সেবা তৌবদগী হেন্না ভগবান্‌বু পেল্লহনবা ঙমগনি। ভগবান্‌দি মনাইশিংবু কনাগুম্বনা লুনা সেবা তৌবা উরগা হেন্না হরাওই মরমদি মনাইশিংনা ভগবৎ সেবাগীদমক ওইজবা লোইনমক থাদোকই মরমদুনা মখোয়বু ভগবান্‌না য়াম্না চাল্লী। অরাবা খিবিক থেংনদুনা মাগী গুণকীর্তন তৌরিবা মীদুদগী হেন্না মুংশিবা কনামতা লৈতে হায়না ভগবান্‌না ভগবদ্গীতাদা (১৮।৬৯) হায়খি। ভগবান্‌গী মনাইশিংবু সেবা তৌবনা সেবা তৌবা মীদো ভগবান্‌গী মনাইগী গুণ অদু ফংজবকই, মতৌ অসুম্না মীদুনা ভগবান্‌গী মগুণ শ্রবণ তৌনিংঙকই। ভগবান্‌গী ধামদা চংবা য়াননবা ভক্ত অমা ওইবগী ইহান হেক হান্না চেনগদবা গুণদি ভগবান্‌গী মরমদা শ্রবণ তৌনীংবগী খৌরাংবা অদুনি। ✓

শ্লোক ১৭

**শৃণ্বতাং স্বকথাঃ কৃষ্ণঃ পুণ্যশ্রবণকীর্তনঃ।**
**হৃদ্যন্তঃস্থো হ্যভদ্রাণি বিধুনোতি সুহৃৎসতাম্। ১৭॥**

শব্দার্থ

**শৃণ্বতাম্**—ভগবৎ কথা তানীঙখৎলকপা মীশিংগী; **স্বকথাঃ**—(ভগবান্) মশাগী ৱারী; **কৃষ্ণঃ**—পরমেশ্বর ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনা; **পুণ্য**—অফবা; **শ্রবণ**—নাকোঙনা তাবা; **কীর্তনঃ**—শোনবা (**পুণ্যশ্রবণ-কীর্তনঃ**—মহাক্কী ৱা শ্রবণ কীর্তন তৌবদি থম্মোয় শেংদোক্নবগী মশক ওইরিবা অদুগুম্বা মহাক); **হৃদি**—থম্মোয়নুংদা; **অন্তঃস্থঃ**—থম্মোয়নুংদা লৈবা; **হি**—লেপ্পমক; **অভদ্রাণি**—মায়াগী পোৎ পাৱা; **বিধুনোতি**—চামথোকই, মাঙহল্লী; **সুহৃৎ**—য়ায়ফনবা তৌরিবা ভগবান্‌না; **সতাম্**—সাধুশিংগী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাক্কী মিং শ্রবণ কীর্তন তৌবনা থম্মোয় শেংদোক্নবগী মশক ওইবা অদুগুম্বা মহাক হায়বদি সাধু-শিংগী ফনবা তৌরিবা ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনা মশামক্কী প্রাকৃত নত্তবা ৱারী নৎত্রগা নাম গুণ শ্রবণ তৌরিবা মীওইশিংগী অন্তর্যামী চৈত্ত্যগুরু (পরমাত্মা) ওইনা লৈরগা থম্মোয়গী যত্তবা অপান্বা পুম্ববু মরু ফুকনা মাঙহল্লী।

### শব্দার্থ

তদা—মতমত্তুদা; রজঃ—রজগুণ (অপাম্বা); তমঃ—অমম্বা; ভাবাঃ—ফিভম; কাম—মুপী মুপাগী পাম্নবা অমসুং অতৈ অপাম্বা; লোভ—মীহৌবা, পামশিনবা; আদয়ঃ—নচিংবা; (কামলোভ আদয়ঃ—কাম অমদি লোভনচিংবা); চ—অমসুং; যে—মখোয়; চেতঃ—পুক্নীং; এতৈঃ—মখোয়সিনা; অনাবিদ্ধম্—শোক্তবা; স্থিতম্—লেঙদনা লৈবা; সত্ত্বে—সত্ত্ব গুণদা (অফবদা); প্রসীদতি—মপুঙ ফানা পেল্লি।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হনবা নাইদবা প্রেম ভক্তিদো থম্মোয়দা চপ য়ুংখিবগা লোয়নননা প্রাকৃত গুণ রজঃ অমসুং তমঃ অনীদগী থোরকপা যল হায়বদি কাম (মুপী মুপা পাম্নবা অমসুং অতৈ অপাম্বা) অমসুং লোভ (মীহৌ চাওবা) অনীসে থম্মোয়মুংদগী স্বাই মাঙভী। মতমত্তুদা ভক্তনা সত্ত্বগুণদা লৈ অত্তুনা মহাক মপুঙ ফানা পেল্লি।

### নৈনবোল

চুম্নগী অওইবা শক্তমদা (স্বরূপ তা) লৈবা জীবনা আধ্যাত্মিক ওইবা আনন্দদা মপুঙ ফানা পেনবা ফংজৈ। অসিগুম্বা যিভম্, ব্রহ্মভূত (ব্রহ্ম ওইবা) নত্রগা আত্মানন্দী হায়বদি ইশাগী মুংভাইবা ফিভম কৌই। হায়বিবা আত্মানন্দসে থবক তৌদবা অপঙবগী মপেন্দু নত্তে। থবক তৌদবা অপঙবদি তমঃ গুণগী মমুংদা লৈ অত্তুগা আত্মানন্দী ওইবা মীদি প্রাকৃত ওইবা যিভমগী রাংমদা লৈবনি। মসিগুম্বা মপুঙ যাবা যিভমসি কনাগুম্বনা ফংবদি মহাক্না হন্দোক-য়াদবা ভক্তি সেবাদা চঙশনখিবা মতমদা ফংঙী। ভক্তি সেবা হায়বসে থবক তৌদবা ফিভমদো নত্তে, মসিদি আত্মাগী ওইবা অশেঙবা তৌবা হায়বা যিভমত্তুনি।

থরায় পান্দবা প্রকৃতিগা শম্নবদগী আত্মাগী থবক্তি পোৎ য়াম্নবগুম্না শেঙলক্তে। মতৌ অসুম ওইবনা অনা লোয়ববা থবকশিংদো কাম, লোভ, থবক তৌদবা মতৌ, পঙথবা অমসুং তুম্বা (নিদ্রা) অসিনচিংবা মওংদা থোরকই। রজঃ তমঃ অনীগী থোরক্লিবা যলশিংসে পুঙকোক কোকপা মতমদা ভক্তি ভাবকী যল উৎচবক্নি। মতমত্তুদা ভক্তনা খুদক্তা সত্ত্বগুণদা চঙত্তুনা লৈগনি; অত্তুগা মহাক অসুম কাখৎলকপনা বসুদেবগী থাক হায়বদি শুদ্ধ সত্ত্বদা য়ৌবা ঙমগনি। শুদ্ধ সত্ত্বসিদা লৈববা মতমদদা ভক্তত্তুনা কৃষ্ণবু শেংনা মুংশিজবতনা মতম পুম্বদা মিংকা মিংকা য়েংনত্তুনা কৃষ্ণবু উবা ফংগনি।

ভক্তদি মতম পুম্বদা বিশুদ্ধ সত্ত্বগুণগী মমুংদা লৈ, মরমত্তুনা মহাক্না কনামতগী মাঙননবা তৌদে। ভক্ত নত্তবা মীদি মহাক্না লাইবিক য়াম্না হৈগে হৈসমু মতম পুম্বদা অমাঙ অতা থোকহল্লি। ভক্তদি পঙসু পঙদে অত্তুগা মাগী রাগ (অপাম্বা) লৈতে। মাঙ-তাকপা তৌগনবা, অপঙবা অত্তুগা রাগ লৈগনবা মীশিংনা লক্কা মপাম্থোংদা ফীজেৎ মখল শেংত্তুনা মশা মশাবু ভক্তনি হায়না প্রচার তৌত্তুনসু মখোয় ভগবানগী ভক্ত ওইবা ঙমদে। ভক্তদি ভগবানগী অফবা গুণশিংদো চেন্দুনা মতম পুম্বদা মতীক চাবা ওই। চাংদারোমদা য়েংলগদি ভগবানগী গুণগা ভক্তগী গুণগা খেন্নবা যাই, অত্তুগা গুণগী গুণদমক য়েংলগদি ভগবানগা মাগী ভক্তগা অমতনি।

### শ্লোক ২০

**এবং প্রসন্নমনসো ভগবদ্ভক্তি যোগতঃ।**
**ভগবত্তত্ত্ববিজ্ঞানং মুক্তসঙ্গস্য জায়তে ॥ ২০॥**

### শব্দার্থ

এবং—মতৌ অসুম্না; প্রসন্ন—পেল্লবা; মনসঃ—পুক্লিংগী; (প্রসন্নমনসঃ—ত পেনবা পুক্লিংনা মাগী ওইরবা অতুগুম্বা মীতাগী); ভগবৎ-ভক্তি—ভগবানবু নীঙবা; যোগতঃ—শম্নবনা; (ভগবৎ-ভক্তি যোগতাঃ—ভগবান্‌বু নীঙবা হায়বত্থু তৌরুবদগী); ভগবৎ—ভগবানগী মরমদা; তত্ত্ব—জ্ঞান; বিজ্ঞানম্ —শকখঙবা; (ভগবৎ-তত্ত্ব বিজ্ঞানম্—ভগবানবু হকথেংননা শেংনা খঙবা); মুক্ত—অরান খুভম ফংলবা; সঙ্গস্য—সঙ্গগী; (মুক্তসঙ্গস্য—কাম লোভনচিংবা লৈত্রবা মীগী); জায়তে—পোকই।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতৌ অসুম্না বিশুদ্ধ সত্ত্বদা লৈরগা ভগবৎ-ভজনগী মপান্না পুক্নীং মরা তপ্লবা অত্থুগা কামনচিংবা অপাম্বা অমতা লৈত্রবা সাধক অত্থুগী শক্তিগা লোয়নবা ভগবান্‌বু খঙবা হায়বদি সাক্ষাৎ থেংনবা (অনুভব) হায়বদো পোকই।

### নৈনরোল

মীচম লীশীং লীশীংগী মনুংদা লাইবক ফবা কনাগুম্বা অমখক্তনা পুন্সিদা সিদ্ধি (মপুঙফাবা) ফংনবা হোৎনৈ হায়না ভগবদ্গীতাদা (৭।৩) হায়রি। মী অয়াম্বদি রজঃ অমসুং তমঃ হায়বা গুণ অনীসিনা হোইবা ঙাক্লি। মরমত্থুনা মতম পুম্বদা মখোয় কাম (হায়বদি লুপী লুপাগী পাম্নবা) অমসুং অতৈ মওংগী অপাম্বা, মীহৌবা, পঙবা অত্থুগা হিপ্না তুম্বদা লুপতুনা লৈগল্লী। অসুক য়াম্বা মী মানবা শাশিংগী মরক্তা মীওইবা জাত্তা পোকপগী পুন্সিগী দায়িত্ব খঙবা অত্থুগা শাস্ত্রনা তাকপা মথৌ পাঙথোক্লগা পুন্সি সিদ্ধি ফংনবা হায়ত্থুনা হোৎনবা মীদি তশেংনমক খরতনি। অসুম্না পুন্সিগী মহৈ য়াল্লবা লীশীং লীশীংগী মনুংদা অমুক মী খরতনা পবমেশ্বর ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণবু সাক্ষাৎ অনুভব তৌই। অত্থুগা শ্রীকৃষ্ণ সাক্ষাৎ খঙবা হায়বসে ভক্তিযোগনা উপায় ওইরগদা খঙবনি হায়না ভগবদ্গীতাদসু (১৮।৫৫) হায়রি।

হায়রিবা ৱাফমসিমক অচুম্বনি হায়না মথক্তা নৈনরিবা শ্লোকসিগী ৱাহৈশিংনা য়ারি। মীচমদি লায়রত্থুনা সিদ্ধি ফংলবা মীনফাওবা পরমেশ্বর ভগবানবু সাক্ষাৎ খঙবা ঙমদে (হায়বদি ভগবান্‌গী তত্ত্ব বিজ্ঞান ফংদে)। মীওইবনা মশাবু থৱাই পান্দবা পোৎ নত্তে তশেংনমক আত্মানি হায়বা খঙবা মতমদা পুন্সিগী সিদ্ধি (মহৈ য়ানবা) ফংগনি। মহাক্তা থৱাই পান্দবা পোৎকা (জড় পদার্থগা) মরী লৈনদে হায়বা হেক খঙবা মতমদা সংসারগী লন্ থুম পাম্বত্থু খংতোক তোক্কনি অত্থুগা আত্মাগী ৎইবা জীব অমা ওইনা মাগী পুক্নীং মরা তপকনি। অসিগুম্বা মহৈ ময়ানসে রজঃ অমসুং তমঃ গুণ অনীগী ৱাংমদা লৈরগদা ওইগদবনি। অমরোমদা হায়রগা মহাক্তুনা তশেংনমক ব্রাহ্মণগী গুণ চেনবা ব্রাহ্মণ অমা ওইরগদা য়াগনি। ব্রাহ্মণ হায়বসে সত্ত্ব (অফবা) গুণগী চিহ্ননি। সত্ত্ব গুণ চেন্দবা অতৈদি ক্ষত্রিয় ওইরগা ওইরে নত্রগা বৈশ্যারা শূদ্ররা নত্রগা শূদ্রদগী হেন্না তোনবরা অমা ওইরে। ব্রাহ্মণ ওইবগী মতাঙসে অফবা গুণ চেনবগীদমক মীওইবা পুন্সিগী থ্বাইদগী ৱাংবা মতাংনি। মরমসিনা ব্রাহ্মণগী মগুণ চেন্দ্রবদি কনামতনা ভক্ত ওইবা ঙম্মোই। ভক্ত হায়বত্থুদি মানা তৌথোরকপা থবক্তুন। চান্ননা ব্রাহ্মণ ওইরবনি। মত্থুনা লোইবা নত্তে। মথক্তা পনগ্রবত্থুনি—হায়রিবা ব্রাহ্মণ মতাসে দিব্য অবস্থাদা চাননা লৈবা য়াননবা চানবী বৈষ্ণব অমা ওইবা তাবনি। অশেঙবা বৈষ্ণবতি মুক্ত (কাম-নচিংবা বাসনা লৈত্রবা) মীনি, অদুনা ব্রাহ্মণ অমদগী হেল্লবা মফমত্থুদা লৈবনি। প্রাকৃত অবস্থাদা লৈরিঙৈদদি ব্রাহ্মণসু মায়া-লাংদা থুরিবা আত্মানি মরমদি মহাক ব্রাহ্মণ ওইবগী থাক্তা ব্রহ্ম করিনো

নৈনরোল

ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী কথাদি মহাক্কা করিমতা খেন্নদে। মরমত্থুনা ভগবান্গী রা অপবাধ লৈতবা মীনা শ্রবণ অমসুং কীর্ত্তন হেক তৌবা মতমদা অপ্রাকৃত ওইবা খোনগী মওংদা শ্রীকৃষ্ণ ভগবান্ মত্থুদা লৈর-বনি হায়না খঙগদবনি অমসুং খোন্দু ভগবান্ মশামক্কা চপ মান্নবা শক্তি চেনবনি। শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা মহাক্কী শিক্ষাষ্টক অত্থুদা ইফোং ফোংনা হায়বম্মী - ভগবান্গী পবিত্র ওইবা নামদি ভগবান্গী শক্তি পুম্বদো চেল্লী অত্থুগা ভগবান্ মহাক্কী শীঙলাক ঙমদবা মিংশিংদা মহাক্কী শক্তিত্থু চপ মান্ননা হাপ্পী। নাম শোনবগী অকরুবা মতম লৈতে অত্থুনা মী খুদিংনা পুক্নীং চঙনা অমসুং ভক্তিগা লোয়ননা মাগী খুদোংচাবা য়েংত্থুনা ভগবান্গী পবিত্র নাম শোনবা য়াই। ভগবান্দি কয়ামুক থৌজাল হৈবগে হায়ববু প্রাকৃত নত্তবা খোন ওইনা মহাক মশামক ঐখোয়গী মাঙদা চোংথোরক্লিবনি। অত্থুবু ভগবান্গী পবিত্র নামগুণবু শ্রবণ অমসুং কীর্ত্তন তৌবগী মহাওদো ঐখোয়গী লৈতে। পবিত্র ওইবা খোন অসি শ্রবণ অমসুং কীর্ত্তন তৌবগী মহাও খঙনবগী মরমদা ঐখোয় হান্ননা নৈনখ্রে। মত্থু খঙবদি ভগবান্গী শুদ্ধ ভক্তগী সেবা তৌবগদদা খঙলক্কনি।

ভগবান্সু ভক্তশিংনা তৌবা মতৌগী মতুং ইন্না পাওখুমবিরকই। ভক্ত অমনা ভগবান্গী প্রাকৃত নত্তবা সেবাদা চঙজবগে হায়ত্থুনা মথরাই চপ য়ুংলকপত্থু অত্থুগা ভগবান্গী মরমদা শ্রবণ তৌনিংবগী খৌরাংলকপত্থু হেক উবদা ভগবান্না ভক্তগী থম্মোয়নুংদা লৈত্থুনা পাযখৎলকপদি ভক্তত্থুনা ভগবান্গী নাক তান্না য়ান্না লায়না হনবা য়ানবা মওংদা পায়খৎলকই। ঐখোয়বু মাগী নাক তান্না পুনীংবগী রা হায়রুরগদি ঐখোয়না পাম্বদগী ভগবান্না হেন্না পাম্মী। ঐখোয় অয়াম্বনা ভগবান্গী নাক্তা হনবা পামদে। মী খবদমক ভগবান্গী নাক্তা হন্নীংই। অত্থুবু কনাগুম্বনা কৃষ্ণনাক য়ৌনীংলবদি শ্রীকৃষ্ণনা কবিমতা খাক্তবমখৈ তেংবাংবি।

কনাগুম্বনা মপাপ পুমকোক কোক্ত্রবদি ভগবান্গী ধামদা চঙবা য়াদে। প্রাকৃত ওইবা পাপ-শিংসে ঐখোযনা প্রকৃতিগী মবুংঙো ওইগে নীংলুবদগী থোরকপা ঙাক্তনি। ঐখোয়গী অনীংবশিংসে নীংলবোই হায়বদি য়াম্না লুবা জাৎনি। ভগবান্গী নাক্তা চৎকে হায়বা সাধক ভক্তগী মফমদদি নুপীগা লনগা অনীসি য়াম্না বিষম ওইবা সমস্যানি। পুকচেল চপ য়ুংলবা সাধক ভক্ত কয়া অনীসিগী মিহৌবনা খাঙবা ঙমদত্থুনা লৈখা তাখিবদগী অরান-খুভমগী লম্বীদগী হন্দোরকপা কয়া য়াওরি। অত্থুবু ভগবান্ মশামক্কা কনাগুম্ববু তেংবাংলবদি মহাক্কী কৃপানা সাধন পুম্বদো হৈলায় হেক লায়।

নুপীগা শেলগা শম্নকুবদা ফংনীংবগী পাখৎপা হায়বত্থুদি করিসু ওক্তঙাই ওইদে, মরমদি জীব খুদিংমক নীঙশিংবা ঙমদবা কুইববা মতমদগী হৌনা মখোয় অসিগা শম্নরক্লবনি, অত্থুনা বিজাতীয় (ইশাগী নত্তবা) ওইবা স্বভাব (লীচৎ) অসিদগী লীৎথোরকপদি মতম চঙবা থবক্লি। অত্থুবু কনাগুম্বনা ভগবান্গী গুণ শ্রবণ তৌরবদি অসুম অসুম মথং মথং ওইনা মহাক কনানো হায়বা স্বরূপ অশেঙবত্থু খঙজবক্কনি। ভগবান্গী কৃপাদগী অসিগুম্বা ভক্ত অমনা মাগী অকায়বা পুম্বদগী মশাবু ঙাকচবা চপচানা ঙমগনি। অত্থুগা অসুম অসুম খর খর তৌত্থুনা অকায়বা রাখলশিংদো মপুক্নীংদগী থক্তোকখিগনি।

শ্লোক ১৮

**নষ্টপ্রায়েষ্বভদ্রেষু নিত্যং ভাগবতসেবয়া।**
**ভগবত্যুত্তমশ্লোকে ভক্তির্ভবতি নৈষ্ঠিকী ॥ ১৮ ॥**

শব্দার্থ

নষ্ট—মাঙলবা; প্রায়েষু—মরোম; অভদ্রেষু—মায়াগী পোৎ পাস্বা; নিত্যম্—মতমগী তৎপা লৈতনা; ভাগবত—শ্রীমদ্ভাগবতম্ নত্রগা শুদ্ধ ভক্তবু; সেবয়া—সেবা তৌবনা; ভগবতি—ভগবান্দা; উত্তমশ্লোকে—দিব্য শ্লোক্লা থাগৎলবা মহাক্তুদা, ভক্তি—প্রেম সেবা; ভবতি—ওইরকই; নৈষ্ঠিকী—হন্দোক্ত্রবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অতৎপা লৈতনা মতম পুম্বদা শ্রীমদ্ভাগবত কৌবা গ্রন্থবু শ্রবণ তৌরগা অমদি ভগবদ্ভক্ত ভাগবতকী সেবা তৌরগা পুক্লীংগী অকায়বশিংদো (অভদ্রশিং—সংসারগী ওইবা অপাম্বশিং) পুম্মাঙ মাঙবগুম মাঙলক্লবা মতমদা দিব্য শ্লোক লেঙভহ্না থাগৎলবা (উত্তমশ্লোক ওইবা) ভগবান্গী মফমদা লেঙদবা অমস্তুং হন্দোক্ত্রবা ভক্তি (প্রেম সেবা) পোকই।

নৈনবোল

আত্মা উপলব্ধিগী লম্বীদা অথীঙবনি হায়না খল্লিবা থম্মোয়হুংগী অমঙ্গলগী মশক ওইবা অকায়বশিংদো কোক্লনবা পাম্বে মফমসিদা পীবি। পাম্বেদি ভাগবতশিংগা সঙ্গ তৌবা হায়বহুনি। গ্রন্থ ভাগবত হায়বা অমা অহুগা ভক্ত ভাগবত হায়বা অমা—ভাগবত অাংতা অনীনি। ভাগবত মখল অনীমক মতীকচাবা পাম্বে ঙাক্তনি। মখোয় অনীমক্লা নত্রগা অনীসিগী মবক্তা অমনা পুক্লীংগী অকায়বশিংদো (অভদ্রশিংদো) কোকহনবা ঙম্মী। ভক্ত ভাগবত অমগীগা গ্রন্থ ভাগবতকীগা চপ মান্ননা মগুণ লৈ, মরমদি ভক্ত ভাগবতনা গ্রন্থ ভাগবতকী মতুং ইন্না পুন্সি লেল্লি অহুগা ভাগবতসিদা য়াওরিবসি ভগবান্গীনে অহুগা ভাগবত হায়না খঙনবা ভগবদ্ভক্তশিংনে মখোয়গী ব্লারী ঙাক্তনি। ভাগবত কৌবা লাইবীকনে মীনে অনীমক অমতনি।

ভক্ত ভাগবতসিদি পরমেশ্বর ভগবান্না সাক্ষাৎ ওইনা থাবকপা মাগী প্রতিনিধিনি (মহুৎনি)। মরমহুনা ভক্ত ভাগবতপু পেলহল্লবদি ভাগবত কৌবা গ্রন্থদগী ফংগদবা কান্নবা পুন্নমক ফংবা ঙম্মী। ভক্ত ভাগবতপু নত্রগা গ্রন্থ ভাগবতপু সেবা তৌরগা করম্না ভক্তিগী লম্বীদা অকারম মথং মথং যংলকপগে হায়বসি মীচমগী বুদ্ধিনা লাম্বদা যংবা ঙমদে। অহুগা অশেঙবদি মীনাইহুপী অমগী মচাম্নুপা ওইনা পোকলুবা শ্রীলনারদদেবনা তাকখিবগী মতুং ইন্নদি হায়রিবা ব্লাফমশিংসে (ভাগবত সেবানা অভদ্র কোকই হায়বসে) অওইবা ঙাক্তনি। মীনাইম্নবীহুনা ঋষিশিংগী সেবা তৌরম্মী, অহুনা নারদস্তু মখোয়শিংহুগা সঙ্গ তৌজখি। ঋষিশিংহুগা সঙ্গ তৌবদনা অমস্তুং মখোয়গী লুখাক খুন্দুনা চাবদগী নারদনা অচৌবা ভক্ত অমা ওইবগী অহুগা শ্রীল নারদদেব নিপাদো ওইবগী লাইবক যংখি। ময়ামসি ভাগবতকা সঙ্গ তৌরুবগী হায়নঙাই লৈতনা ঙকপা ফলনি। ফলশিংসে থবক ওইনা খঙগে হায়রবদি মসিমা খঙজনবা তাই, মহুদি থম্মোয়শেংনা ভাগবতশিংগা সঙ্গ তৌরগা শোয়দনমক দিব্য জ্ঞান হায়বহু য়াম্না লায়না ফংগনি, মহু ফংলগা ওইগদবদি ভগবান্গী মফমদা মাগী প্রেম ভক্তি লেপ্পমক পোক্কনি। ভাগবতশিংনা তাকপী তিকপীবদগী প্রেম ভক্তিগী মায়কৈদা অস্তুম চাওখৎলকপগা লোয়ননা ভগবান্গী মফমদা দিব্য প্রেম লৈবা অহুক্কী মতীক হেনগৎলক্কনি। মরমহুনা গ্রন্থ ভাগবতকী মপাওশিংদি ভক্ত ভাগবত অমগী মফমদগী লৌগদ্বনি। অহুনা ভাগবত অাংতা অনীসে পুল্লগদি মহুনা সাধক ভক্তনা অকারম তানবদা মতেঙ য়াম্না ওইগনি।

শ্লোক ১৯

**তদা রজস্তমোভাবাঃ কামলোভাদয়শ্চ যে।**
**চেত এতৈরনাবিদ্ধং স্থিতং সত্ত্বে প্রসীদতি॥ ১৯॥**

হায়বা খঙলবসু ভগবান্‌বু খঙবগী ভগবৎ-বিজ্ঞান হায়বা মখঙহ্নদি মাগী লৈত্রি। পরমেশ্বর ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণবু খঙগে হায়রবদি মী অমনা ব্রাহ্মণ ওইবগী মতাঙসিসু লাম্বোক্লগা বসুদেব হায়বা মতাংহ্ননা য়োনা কাগদবনি। ভগবৎ-বিজ্ঞান হায়বা বিদ্যাসে আধ্যাত্মিক বিদ্যাগী মায়কৈদা স্নাতকোত্তর শ্রেণীগী ( Postgraduate ) ছাত্রশিংনা তমগদবা বিষয়নি। অপঙবা মীনা নত্রগা খঙবা ৱাৎপশিংনা ভগবান্‌বু খঙদে, মরমহ্ননা মখোয়না শ্রীকৃষ্ণবু মরম্নাই মচীং মশোল মতুং ইন্না অহ্ননি অদানি হায়না ময়ামদা ঙাঙ শকই। অওইবা ৱা হায়ববু, কনাগুম্বনা ব্রাহ্মণ ওইরফাওবদা প্রাকৃত গুণশিংদগী লাম্বোকপা ঙমদ্রবদি কনামতনা শ্রীকৃষ্ণবু খঙবা ঙম্মোই। ব্রাহ্মণগী গুণ চেল্লবা ব্রাহ্মণ অমনা বৈষ্ণব ওইরগা পুক্নীং মরা তপ্না হায়বদি কামনচিংবা বাসনাদগী মুক্ত ওইরবদা পরমেশ্বর ভগবান্ হায়বদো করিনো হায়বা খঙবা ঙমজগনি।

শ্লোক ২১

**ভিদ্যতে হৃদয়গ্রন্থিশ্ছিদ্যন্তে সর্ব্বসংশয়াঃ।**
**ক্ষীয়ন্তে চাস্য কর্ম্মাণি দৃষ্ট এবাত্মনীশ্বরে॥ ২১॥**

শব্দার্থ

ভিদ্যতে—মাঙহল্লি; হৃদয়—থম্মোয়; গ্রন্থিঃ—কিশি; (হৃদয়গ্রন্থিঃ—থম্মোয় কৌবা কিশি, নাপল); সর্ব্ব—পুম্নমক; সংশয়াঃ—চিংনবা; (সর্ব্বসংশয়াঃ—চিংনবা পুম্নমক); ক্ষীয়ন্তে—কোকই; চ—অমসুং; অস্য—মহাক্কী; কর্ম্মাণি—মহৈ পাম্বা থবক পুম্বা; দৃষ্টে—উরবদা; এব—লেপ্পমক; আত্মানি—আত্মাদা; ঈশ্বরে—মপু ওইরিবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

আত্মাগী আত্মা পরমাত্মা ভগবানগী স্বরূপ হকথেংননা উবগী ফল ওইনা হায়বদি আত্মদর্শন (আত্মা উবা) তৌরবদি ভগবানগী তত্ত্ব খঙলবা মীগী অহঙ্কারগী (নাপলগী) মশক ওইবা পুক্নিংগী য়োৎহিল্লিংদো ককথৎলি, ওইথোক্তবনচিংবা চিংনবগী থৌরী পুম্বা তৎলি অহ্নগা চাবা হৌদ্রিবা কর্ম্মফল (অনারব্ধফল) পুম্বা মাঙঙী।

নৈনরোল

কনাগুম্বনা ভগবানগী তত্ত্ববু খঙবা হায়বগী অর্থদি মতম অমতদা কনাগুম্বা অহ্নগী আত্মাবুসু উবা (আত্মদর্শন) হায়বনি। জীববু আত্মা ওইনা শক খঙনবা হায়বগী মতাঙদা য়াম্না ৱাখল পংশা শাগৎনৈ অহ্নগা চিংনবা কোঙ্গায় অমা পোকই। জড়বাদী সংসারীনা আত্মা লৈ হায়বা থাজদে; অহ্নগা ইন্দ্রিয়গী মপানতনা উবা খঙববুদা অচুম্বনি হায়বা দার্শনিকশিংনা জীবাত্মাদি তোঙান্দে হায়হ্ননা আত্মাগী মওং নাইদবা শক্তমদবু ( নির্ব্বেশেষ নত্রগা নিরাকার স্বরূপ অহ্নতবু ) থাজৈ। অহ্নবু ভগবানগী তত্ত্ব খঙবশিংনা আত্মা অমসুং পরমাত্মা অনিসি মগুণগী মায়কৈরোমদা য়েংলগদি অমত্তনি অহ্নগা চাংদমগী মায়কৈদা য়েংলগদি তোঙান্তাবা পোৎনি হায়বসে শোয়দবনি হায়রি। মতবাত অতৈ কয়াসু লৈ, অহ্নবু ভক্তি যোগগী মপাম্না শংশংনা থেংনরবা মতমদা হায়রিবা মতবাত পুম্নমকসে পুম্মাঙ মাঙঙী। শ্রীকৃষ্ণবু সূর্য্যদেব মুমিংকা চাঙদম্নরগা জড়বাদীশিংনা পরতত্ত্বগী মরমদা পুরিবা মতবাদ ময়ামসি পুম্নম-মম্বা অহিংগা চাংদম্নবা য়াই। শ্রীকৃষ্ণ কৌবা মুমিংনা জীবগী থম্মোয়হুদা হেক থোরকপগা পরতত্ত্ব অমসুং জীবাত্মাশিংগগী মরমদা পুরিবা জড়বাদীশিংগী মতবাত কৌবা অমম্বদো খুদক্তা মাঙঙী। মুমিংকী মমাঙদা অমম্বা লৈবা মতম। খঙদবা (অজ্ঞান) হায়বা অমম্বগী মনুংদা লোৎহ্ননা লৈবা মত ময়ামদো থম্মোয় খুদিংদা পরমাত্মা ওইনা লৈরিবা শ্রীকৃষ্ণগী কৃপানা ময়েক লানা উবা ফঙঙী।

শ্রীভগবান্‌না মাগী শুদ্ধ ভক্তশিংবু থোইদোকপা মওংদা চানবী হায়বত্থু উৎননবা হায়ত্থুনা মহাক মশামক্না ভক্তগী থম্মোয়দা শুদ্ধ জ্ঞানগী মৈঙাল ঙালহন্দুনা চিংনবা কৌবা অমম্বদো কোকহল্লী হায়না শ্রীমদ্ভগবদ্গীতাদা (১০।১১) শ্রীভগবান্ মশামক্না হায়রি। মরমত্থুনা পরমেশ্বর ভগবান্‌না মাগী ভক্তগী থম্মোই ঙালহনবিবগী ভার লৌই হায়বনা লেপ্পমক ভক্তিপ্রেমগ। লোয়নবা সেবাদা লুপ্পিবা ভক্তনা অমম্বদা লৈবা হৌনদে। ভক্তদি পরতত্ত্বগী মরম খুদিংমক খঙঙী, অত্থুদা নত্তনা মরী লৈনবা সত্য পুম্নমকস্থু খঙঙী। ভক্তনা অমম্বদা লৈবা ঙমদে, অত্থুগা পরমেশ্বর ভগবান্‌না ভক্তদা জ্ঞান পীবিবা মরম্না ভক্তনা খঙলিবা জ্ঞান অদো শোয়দনমক মপুঙফাবনি। পরতত্ত্বগী মরমদা মরম্নাইগী খম্বা-নাইবা সাধন-শক্তিগী মপানতনা পরতত্ত্ববু খঙগে তাল্লিবা মখোয়গীদি মপুঙফাবা জ্ঞান লৈতে। মপুঙফাবা জ্ঞানসিবু 'পরম্পরা' লাকপা জ্ঞান কৌই, হায়বদি সেবা তৌত্থুনা মশাবু কৎথোক্লবা শিষ্যনা গুরুদগী নোম্লুকপগা লোয়নননা নাকোঙনা মথঙ মথঙ তারকপা জ্ঞান হায়বনি। কনাগুম্বনা পরমেশ্বর ভগবান্‌না মপু ওইববু (কর্তৃত্ববু) শীংনরগা অমুকস্থু মাগী মরমদা জ্ঞান ফংগে হায়বদি ওইবা য়াবা নত্তে। মপুমগী মৈরীকপী ওইবা অত্থুগা মায়াগী মখাপোল্লবা করিস্থু লৈতবা মৈরীকপীগী শিংন-পাম্বা আত্মাগী মফমদদি ভগবান্‌না মশাবু উৎপীদে। ভক্তশিংদি নম্রস্বভাবনি (নোম্লুকই) মরমত্থুনা তত্ত্ব জ্ঞানদি ভগবান্‌দগী ব্রহ্মাদা ব্রহ্মাদগী মচাম্নুপাশিংদা অত্থুদগী শিষ্য মথং মথং পীথরকপনি। অম্ন্থা পীথনবসি ভক্তশিংগী মশাম্নুংদা লৈরিবা পরমাত্মানা তেংবাংবি। অম্নুম তৌবনা তত্ত্বজ্ঞান ফংবগী মপুঙ ফাবা পাম্বৈনি।

হায়রিবা জ্ঞান মফংসিনা আত্মা করিনো জড় (থরাই পান্দবা) বস্তু হায়বত্থুনা করিনো হায়বত্থু খাইদোক্নুনা খঙবত্থু ভক্ত অমবু মপুঙ ফানা ঙমহল্লী। মরমদি আত্মাগা মায়াগা অনীগী কিশি কিবদো ভগবান্‌না থোকপি। অনীসিবু কিশিল্লিবা কিশিত্থু অহঙ্কার কৌই, অহঙ্কারসিনা নমহৎখিবনা জীবনা মশাবু মাগী জড় ওইবা হকচাঙত্থুনি হায়না শেরাম্নুনা লৌজে। মরমত্থুনা, কিশিসে হেক কোমহন্দুনা নাম্থোকহনবগা চিংনবগী লৈচিন নোংকাই পুম্নমকপু খুদক্তা তাম্থোকই। অত্থুদগীদি ভক্ত অত্থুনা মবুংঙো ভগবান্‌বু উজে অত্থুগা ভগবান্‌গী প্রেম সেবাদা মশাবু চঙহনজে। মত্থুম তৌরগা সকাম কর্মশিংগী ফংবা হৌদ্রিবা (অনারব্ধ) ফলশিংদো পুঙখম থম্মী। সংসাবদদি জীবনা মাগী সকাম কর্মশিংদা মবল্লাই ওইনা তৌজত্থুনা ফল পরেং লেংত্থুনা থম্মী অত্থুগা ফলশিংদো অফবস্থু ফত্তবস্থু মপোক কয়ামরুম লোইদ্রি-মখে চাজে। অত্থুবু মহাক্না ভগবান্‌গী প্রেম সেবাদা হেক চঙজবগা খুদক্তা চাদ্রিবা কর্ম ফলশিংত্থুদগী লাম্থোকপা ঙম্মী। মত্থুনা মতুংদা তৌবা মাগী কর্ম ফলনা অফা-অপুন কল পোল্লক্তে।

শ্লোক ২২

**অতো বৈ কবযো নিত্যং ভক্তিং পরময়া মুদা।**
**বাসুদেবে ভগবতি কুর্বন্ত্যাত্মপ্রসাদনীম্ ॥ ২২ ॥**

**শব্দার্থ**

অতঃ—মরমত্থুনা; বৈ—লেপ্পমক; কবয়ঃ—তত্ত্ব খঙবশিংনা; নিত্যম্—মতম পুম্বদা; ভক্তিম্—ভক্তি, নীঙবা; পরময়া—অয়োবী; মুদা—নুংঙাইবগা লোয়নননা; (পরময়া মুদা—অয়োবী আনন্দগা লোয়নননা); বাসুদেবে—শ্রীকৃষ্ণদা; ভগবতি—পরমেশ্বর ভগবানদা; কুর্বন্তি—তৌরি; আত্মা—মশা; প্রসাদনীম্—পেলহনবাই ওইবা; (আত্মপ্রসাদনীম্—মশাবু পেলহনবাই ওইবা)।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

**মরমতুনা লেপ্পমক মরম পুন্নমক্তা পণ্ডিতশিংনা (তত্ত্ব খঙবশিংনা) ভগবান্ বাসুদেব শ্রীকৃষ্ণদা অয়ৌবী মুংঙাইবগা লোয়ননা ভক্তি তৌহনা লাক্লিবনি, মরমদি হায়রিবা ভক্তিসে মশা মশাবু পেলহন্নঙাই ওইবনি।**

নৈনবোল

**পরমেশ্বর ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা ভক্তি তৌবগী থোইদোকপা মগুণদো মফমসিদা উৎলি। প্রভু শ্রীকৃষ্ণদি 'স্বয়ংরূপ' (শংশংবা) পরমেশ্বর ভগবানতুমক্লি। ভগবান্গী মূর্ত্তি অতৈ পুম্বা হায়বদি শ্রীবলদেব, সঙ্কর্ষণ, বাসুদেব, অনিরুদ্ধ, প্রদ্যুম্ন, অমসুং নারায়ণ, অদুগা পুরুষ-অবতারশিং, গুণাবতারশিং, লীলাবতারশিং, যুগাবতারশিং অমদি ভগবান্গী বিভূতি লীশীং লীশীংনচিংবা পুন্নমক ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী অংশ অমসুং অংশগী অংশ ওাক্তনি। জীবশিংসি পরমেশ্বর ভগবান্দগী খাইদোরকপা অংশ ওাক্তনি। মরমসিনা ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণসে ভগবত্তাগী হৌরকফম মূল অদুনি, অদুগা মহাক্না অরোইবী তত্ত্বনি (পরম তত্ত্বনি)। মতৌ অসুম ওইবনা মহাক্না ভগবান্গী নিত্য লীলাদা য়াওরিবা অরাংবা থাক্কী তত্ত্ব খঙবশিংবু হেন্না হেন্না চিংশিল্লি। ব্রজভূমিদা শাল্লবা দিব্য লীলাদা তৌবগুম্না শ্রীকৃষ্ণ অমসুং বলরাম নত্তবা অতৈ মূর্ত্তিগী লীলাশিংদদি অদুক হক্না নকশল্লবা মওংদু ওইবা য়াদে। বুদ্ধি রাংপা মীতাশিংনা হায়রগুম্না ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী দিব্য লীলাশিংসে নৌনা য়ানরকপা নত্তে। মহাক্কী লীলাশিংদি নিত্যনি (মতম পুম্বগীনি) অদুগা মতম চাবকপদা ব্রহ্মাজীগী নোংমখক্কী মনুংদা মুনীংনা পুঙ ২৪।২৪ গী মতুংদা নোংপোক মায়কৈদা থোকপ গুম্না শক উৎপনি।**

শ্লোক ২৩

**সত্ত্বং রজস্তম ইতি প্রকৃতের্গুণাস্তৈ-**
**র্যুক্তঃ পরঃ পুরুষ এক ইহাস্য ধত্তে।**
**স্থিত্যাদয়ে হরিবিরিঞ্চিহরেতি সংজ্ঞাঃ**
**শ্রেয়াংসি তত্র খলু সত্ত্বতনোর্নৃণাং স্যুঃ ॥ ২৩ ॥**

শব্দার্থ

**সত্ত্বম্—অফবা; রজ—অপাম্বা; তমঃ—খঙদবগী অমম্বা; ইতি—অসুম্না; প্রকৃতেঃ—প্রকৃতিগী (মহৌশা লাইরৈমাগী); গুণাঃ—গুণশিংগী; তৈঃ—মখোয়দুগা (গুণশিংদুগা); যুক্তঃ—লোয়নবা; পর—অখোইবা; পুরুষঃ—তুরীয় (প্রকৃতিগী রাংমদা লৈবা) নারায়ণ; একঃ—অমতা ওায়বা; ইহ—প্রাকৃত জগৎ, বিশ্ব-তাইবং; অস্য—অসিগী; (ইহ অস্য—প্রাকৃত জগৎসিগী); ধত্তে—লৌয়ি; স্থিতি-আদয়ে—লৈঙাকপনা চিংবগীদমক; (সৃষ্টি—লৈশেম্বা; স্থিতি—লৈঙাকপা; লয়—লোয়শনবা, অদুমসিগীদমক); হরি—পরমেশ্বর বিষ্ণু; বিরিঞ্চি—ব্রহ্মা; হর—শিব; ইতি—অসুম্না; সংজ্ঞাঃ—মিংথৈশিং; শ্রেয়াংসি—অফবা ফল; তত্র—মখোয় অদুমগী মনুংদা; খলু—অওইবদি; সত্ত্ব—অফবা; তনোঃ—হকচাঙগী, মূর্ত্তিগী; (সত্ত্বতনোঃ—অফবনা হকচাঙ ওইবা মহাক্কী); নৃণাম্—মীওইবশিংগী; স্যুঃ—ওই।**

## মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সত্ব, রজ, অমসুং তম অহুমসে প্রকৃতি (মহৌশা লাইরৈম্মাগী) গুণনি। গুণ অহুমসিগী মপু অধীশ্বর ওইনা তিন্নহুনা অমতা ঙায়বা পরমপুরুষ তুরীয় নারায়ণনা বিশ্ব জগৎ শেম্বগী, ঙাকশেনবগী অমদি লোইশনবগী থবক তৌবগীদমক ব্রহ্মা, বিষ্ণু অমদি শিব হায়বা মিং মখল অহুম লৌই। মখোয় অহুমসিগী মনুংদা সত্ব মূর্ত্তি বিষ্ণুদগী মীওইবশিংগী অফবা ফল ওইয়ে; তৌইগুম্বসুং ব্রহ্মা-শিবদগীদি অফবা ফল ওইদেয়ে।

## নৈনবোল

ভগবান শ্রীকৃষ্ণবু মহাক্কী অংশশিংনা ভক্তি তৌগদবনি হায়না মথক্তা তাকখিবদো শ্লোকসিনা প্রমাণ তৌহুনা য়ারে। ভগবান শ্রীকৃষ্ণনে অহুগা মাগী অংশশিংনে লোয়নমক 'বিষ্ণু-তত্ব' হায়বদি ভগবান ঙাক্কনি। শ্রীকৃষ্ণদগী হেক থংননা থোরকপা (বিলাস) মূর্ত্তিদি বলদেবনি। বলদেবদগী সঙ্কর্ষণ, সঙ্কর্ষণদগী নারায়ণ, নারায়ণদগী অনীশুবা সঙ্কর্ষণ, সঙ্কর্ষণ অসিদগী বিষ্ণুগী পুরুষবতাবশিং থোরকই। প্রাকৃত জগৎকী সত্বগুণগী অধিদেবতা বিষ্ণু অসে ক্ষীরোদকশায়ী বিষ্ণু নত্রগা পরমাত্মা হায়না খঙনবা পুরুষ-অবতার অহুনি। ব্রহ্মানা রজঃ গুণগী (অপাম্বগী) অধীশ্বরনি অহুগা শিবনা তম গুণগী অধীশ্বরনি। মখোয়সে প্রাকৃত জগৎকী গুণ অহুম থোক্লা খায়দোকপা বিভাগশিংগী মকোক (অধীশ্বর) অহুমনি। ব্রহ্মানা তৌরিবা সৃষ্টিসে (শেম্বসে) বিষ্ণুগী সত্বগুণনা ওইথোকপা য়ারিবনি। সৃষ্টিসে লোইশনবা তাবা মতমদা শিবনা তাণ্ডব জগোয় শারগা লোইশনবনি। সংসারীশিংনা অমদি অপঙবা মীশিংনা মথং শিংনা ব্রহ্মা অমসুং শিববু ইড়াৎ পূজা তৌই। শুদ্ধ তত্ববিৎশিংনা সত্ব-বিগ্রহ বিষ্ণুবু মহাক্কী মখল মখা লৈরিবা মূর্ত্তিদা লাংলী। বিষ্ণুগী মপূন্নবা মূর্ত্তিশিং (integrated forms) অহুগা তোঙানতাবা মূর্ত্তিশিংদি কোটি কোটিনি। মপূন্নবা মূর্ত্তিশিংবু ভগবান্ কৌই অহুগা তোঙানতাবা মূর্ত্তিশিংবু জীব কৌই। জীবশিংগী অমসুং ভগবান্গী দিব্যশরীর (প্রাকৃত শরীর নত্তবা) লৈ। জীবশিংদি করিগুম্বা মতমদা মায়ানা খুহুম চল্লী অহুগা বিষ্ণুগী স্বরূপশিংদি মায়াবু মতম পুম্বদা খুহুম চল্লী। ভগবান্ বিষ্ণুনা প্রাকৃত জগৎতা কুম্বিরকপা মতমদা মায়াগী লাংদা থুরবা জীবশিংবু লানবিগে হায়বগীদমক কুম্বিরকই। জীবশিংনা প্রাকৃত জগৎতা মপু ওইনীংবা পুকচেলগা লোয়ননা লাকই। মরমহুনা মখোয় প্রকৃতিগী গুণ অহুমগী লাংদা থুরে। মতৌ অসুম্না তৌবনা, জীবশিংনা মায়া লাংদা থুহুনা মিয়াং কয়া হনজন্না লেন্নবা মখোয়গী প্রাকৃত জগৎ কৌবা কৈশুমশঙসে পরমেশ্বর ভগবানগী য়াথং মতুং ইন্না ব্রহ্মানা শাবনি। অহুগা চহি কল্প অমা লোইরকপদা শিবনা লোইশল্লী। কৈশুমশঙসে ঙাকশেনবদি সরকারনা রাষ্ট্রগী জেল খানা ঙাক শেনবগুম বিষ্ণুনা তৌই। মরমসিনা পোকপা-শিবা-নাবা হনুরকপা হায়বসিনা হনজন-হনজন থোকপনচিংবা অরাবশিংনা তিল্লবা সংসার কৌবা কৈশুমশঙ অসিদগী নাম্বোকপবু কনাগুম্বনা পাম্লবদি মহাক অসিগুম্বা অরান খুভমগীদমক ভগবান বিষ্ণুবু পেনহনবা তাই। ভক্তিযোগতনা ভগবান বিষ্ণুবু লাংকদবনি। কনাগুম্বনা প্রাকৃত জগৎসিদা বন্দিগী পুন্সি লেম্বনীংলবদি মতম ঙাইহাক ঙাইহাক্কী ওইবা অরাবা কোক্লবা উপায়গীদমক শিব, ব্রহ্মা, ইন্দ্র অমদি বরুণগুম্বা দেবতাশিংদা হায়জবা তাই। অহুম ওইনমক কনাগুম্বা লাই অমতনা হনজন হনজন লৈথরিবা পুন্সিদগী কৈ মচা অমতবু অরান খুভম পীবিবা ঙম্মোই। লানবীবগী থবক্তি বিষ্ণুতনা ঙম্মী। মরমসিনা অরোইবী ফল অকবদি পরমেশ্বর ভগবান বিষ্ণুদগীদা ফংগনি।

## শ্লোক ২৪

**পার্থিবাদ্দারুণো ধূমস্তস্মাদগ্নিস্ত্রয়ীময়ঃ।**
**তমসস্তু রজস্তস্মাৎ সত্ত্বং যদ্ব্রহ্মদর্শনম্ ॥ ২৪ ॥**

### শব্দার্থ

পার্থিবাৎ—লৈবাক্তগী ওল্লকপা; দারুণঃ—(মৈ থানবা) শীঙঃ ধূমঃ—মৈখু; তস্মাৎ—মতুদগী; অগ্নিঃ—মৈ; ত্রয়ী—বেদনা হায়বা কর্ম্ম; ময়ঃ—ওইবা; (ত্রয়ীময়ঃ—বেদনা হায়বা যজ্ঞকর্ম্মগী মশক ওইবা); তমসঃ—তম (অমম্বা) গুণদগী; তু—তৌইগুম্বসুং; রজঃ—রজ (অপাম্বা) গুণ; তস্মাৎ—মতুদগী; সত্ত্বম্—সত্ত্ব (অফবা) গুণ; যৎ—মতু; ব্রহ্ম—পরম সত্য; দর্শনম্—উবা; (ব্রহ্মদর্শনম্—ব্রহ্মবু উবা)।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মৈ থাননবা শীঙদি লৈবাক্তগী ওল্লকপনি অদুবু উ অশংবদগী মৈখুনা হেন্না কৈ। অদুগা মৈনমুক হেন্নী মবমদি মৈগী মপান্না ঐখোয়না অরাংবা থাক্তা লৈবা জ্ঞানগী কান্নবা ময়ামদো (বেদনা তাকপা যজ্ঞ তৌদুনা) ফংবা ঙম্মী। মতৌ অদুগুম্না রজ গুণনা তমঃ গুণদগী হেন্নী; তৌইগুম্বসুং সত্ত্ব গুণনা খ্বাইদগী হেন্নী মবমদি সত্ত্বগী মপান্না মী অমনা ব্রহ্মবু উবা ফংঙি।

### নৈনবোল

মী অমনা ভগবান্দা ভক্তি তৌরগা সংসারগী মায়া লাংদা থুরবা পুন্সিদগী অরান খুভম ফংবা ঙম্মী হায়না মথক্তা তাকখ্রে। ভগবান্দা ভক্তি তৌবা য়ানবা মী অমনা সত্ত্বগুণগী থাক্তা কাখৎপা তাই হায়বদো শ্লোকসিদা মরোল শেংনা খঙহল্লে। অদুবু ভক্তিগী লম্বীদা অসুম মথং মথং কাখৎলকপদা অপন অরাক লৈরবদি কনাগুম্বনা তমঃ গুণগী থাক্তা লৈরুরবা ফাওবা গুরুগী হৈশিংলবা পাওতাক্কী মপান্না অসুম অসুম কাখৎলকপনা সত্ত্বগুণগী থাক ফাওবা কাবা ঙমগনি। মরমদুনা থম্মোয় শেংলবা পরমার্থীনা (পরতত্ত্ব খঙনীংবা অমনা) মথং মথং ওইখৎলকপা অকায়ম ফংনবগীদমক খঙ হৈরবা গুরুগী মফমদা চঙজবা তাই। তাং নত্তবা শেংনা খঙ হৈরবা গুরুদি তমঃ খঙদে, রজঃ খঙদে, সত্ত্ব খঙদে গুণ অমগী থাক্তা লৈবা শিষ্যবু থাক অদুদগী চিংখৎপিবা ঙম্মী।

মরমসিনা পরমেশ্বর ভগবান্গী মগুণ ময়ামগী মরক্তা অমা হেক্তা লাৎপনা নত্রগা মূর্ত্তি ময়ামগী মসুংদা মূর্ত্তি অমা হেক্তা লাৎপনা ফল চপ মান্ননা ফংবা য়াই হায়বদি অরানবা অমনি। বিষ্ণু নত্তবা অতৈ অতোপ্পা রূপশিংদুদি প্রাকৃত শক্তিনা নমহৎপা শককোং ঙাক্তনি। মরমদুনা প্রাকৃত শক্তিগী রূপশিংদুনা কনামতবু সত্ত্বগুণগী থাক্তা কাবদা মতেং ওইরোই। সত্ত্বগুণ মথন্তনা মী অমবু সংসারগী মায়া লাংদগী লান্থোকপীবা ঙম্মী।

চাওখৎত্রিবা পুন্সি নৎত্রগা শা-ঙাগী পুন্সিদি তমঃ গুণগী মথা পোনবনি। মীওইবগী চাওখৎলবা পুন্সিদি (সভ্য জীবন অদুদি) মায়াগী ওইবা লম্চুম মখল মখল পাম্বগী ওইবনা রজঃ গুণগী পুন্সিনি। পুন্সিগী রজঃ গুণগী ওইবা থাকসিনা ব্রহ্মদর্শন ফংনবা লংলা লংজিন খজিক্তং পী। লংলা লংজিন্দুগী মওংদি দর্শন শাস্ত্রগী, কলাশাস্ত্রগী অমদি সংস্কৃতিগী কৃপ্পবা মিহুলশিংগী (ললিত রসগী) মওং—নীতিধর্ম্মগা লোয়নবা অদুনি। অদুবু সত্ত্ব গুণনা প্রাকৃত গুণদগী হেন্নমুক খাংলবা থাক্তি। খাহে অমরোমদা হায়রগা লাইরাৎ মওং মওং লৈরিবশিংসিগী মগুণ খেন্নে অদুগা ব্রহ্মা, বিষ্ণু, শিব হায়রিবা অধীশ্বরশিংদগী ফংলকপা ফলশিংগী গুণসু খেন্নে।

শ্লোক ২৫

**ভেজিরে মুনয়োঽথাগ্রে ভগবন্তমধোক্ষজম্।**
**সত্ত্বং বিশুদ্ধং ক্ষেমায় কল্পন্তে যেঽনু তানিহ ॥ ২৫ ॥**

শব্দার্থ

ভেজিরে—সেবা তৌবম্মী; মুনয়ঃ—মুনিশিংনা; অথ—অস্মুন্না; অগ্রে—মমাঙৈদা; ভগবন্তম্—ভগবানবু; অধোক্ষজম্—প্রাকৃত নত্তবা বিষ্ণুবু; সত্ত্বম্—সত্ত্বগুণ; বিশুদ্ধম্—অশেঙবা; ক্ষেমায়—কান্নবা অয়োবী ফংনবগীদমক; কল্পন্তে—ওইয়ে; যে—মখোয়; অনু তুংইনবা; তান্—মখোয়বু (ভজন তৌরিবা মুনিশিংবু); ইহ—লোক অসিদা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মরমসিনা মমাঙৈদা সত্ত্বগুণ চেনবা মুনিশিংনা প্রাকৃত গুণ অহুমগী য়াংমদা লৈবা ভগবানবু সেবা তৌরম্মী। মখোয়না মায়া লাংদগী মুক্তি ফংনবা অমসুং মুক্তি ফংলবা মতুংদা অয়োবী কান্নবা ফংনবগীদমক ভগবানবু লাংলম্মী। অসিগুম্বা মুনিগী তুংইল্লিবা মীনা সংসার মায়াদগী মুক্তি ফংঙী।

নৈনরোল

ধর্ম্মসাধন তৌবগী মরমদি লম্ন্নচিংবা ফংনবগী নত্তে অদুগা জড় ওইবা পোংকা আত্মাগা অনীগী খেন্নবদু খঙবা হায়বা ইচম চম্বা থবক অদুগীসু নত্তে। ধর্ম্মসাধনশিংগী অয়োবী হায়বদি অরোইবী পান্দমদি মায়া লাংদগী লাপ্থোকপা অদুগা ভগবানন্না পুরুষোত্তম (অথোইবা পুরুষ) ওইদুনা লৈবা বৈকুণ্ঠ ধামদুদা নীঙতম পুন্সি অমুক হন্না যংবা অদুনি। ধর্ম্মগী বিধি (নিয়ম-পথাপ) ময়ামদি ভগবান-মক্না শেম্বনি, ভগবদ্ভক্ত মহাজনশিং নত্তনা ধর্ম্মগী পান্দম কবিনো হায়বা কনামতনা খঙদে। ধর্ম্মগী পান্দমগী মশক খঙবা ভগবানগী ভক্ত মহাজন তরানিথোইখক লৈ অদুগা মখোয় লোয়নমক ভগবানগী সেবা তৌই। মশাগী কান্নবা পাম্বা মীতাশিংনা মহাজনশিংসিগী মতৌ তমজবা য়াই অদুগা মদুম তৌদুনা অয়োবী কান্নবা মহে ফংগনি।

শ্লোক ২৬

**মুমুক্ষবো ঘোররূপান্ হিত্বা ভূতপতীনথ।**
**নারায়ণকলাঃ শান্তা ভজন্তি হ্যনসূয়বঃ ॥ ২৬ ॥**

শব্দার্থ

মুমুক্ষবঃ—সংসারদগী অরান খুভম পাম্বশিংনা; ঘোর—অকিবগী মশক ওইবা; রূপান্—শকশিং; (ঘোররূপান্ কিনঙাই ওইবা শকশিং); হিত্বা—থাদোকুনা; ভূতপতীন্-দেবতাশিং, (লাইমচাশিং); অথ—মরমসিগীদমক; নারায়ণ—পরমেশ্বর ভগবান; কলাঃ—অংশগী অংশশিং; শান্তাঃ—লম্ন্নম পামদবা; ভজন্তি—ভজন তৌই; হি—লেপ্পমক; অনসূয়বঃ—কলক য়েংথিবা লৈত্রবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অশেংনা অরান খুভম পান্নবা মীশিংদি অওইবমক কনাবুসু কলক য়েংথীবা তৌদে। মখোয়না মী পুন্নমকপু ঊকাই খুন্নে। অদুম ওইনমক মখোয়না দেবতাশিংগী কিনঙাই ওইবা শক্তমশিংদু থাদোকুনা ভগবান বিষ্ণুগী অমসুং মাগী শান্তমূর্ত্তিশিংদুবুদা ভজন তৌই।

নৈনরোল

বিষ্ণুতত্ত্বশিংগী হৌরককম পুরুষ ওইরিবা পরমেশ্বর ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনা তত্ত্ব অনী থোক্লা মশাবু প্রকাশ তৌই। মখোয়দুদি অমনা মহাক্কী মপূন্নবা কলাশিংনি অদুগা অমনা তোঙানতাবা অংশ-শিংনি। তোঙানতাবা অংশশিংনা সেবকশিংনি অদুগা বিষ্ণু তত্ত্বগী মপূন্নবা কলাশিংনা সেবা তৌনঙাই ওইবা ৱিষয়নি (সেব্যনি)।

পরমেশ্বর ভগবান্না শক্তি হাপচল্লবা দেবতা পুম্নমকসু তোঙানতাবা অংশ ঙাক্নি। মখোয় বিষ্ণু তত্ত্বগী কাঙলুপতা চন্দে। বিষ্ণু তত্ত্বশিংদি ভগবান্গী মশাগী মূর্তিগুম্না চপ মান্ননা শক্তি চেনবা জীব-শিংনি। তোঙান তোঙানবা মতমগী অমসুং ফিভমগী মতুং ইন্না তোঙান তোঙানবা শক্তি উৎসি। তোঙানতাবা অংশশিংদি ঙমখৈ নাইবা শক্তি চেল্লী। বিষ্ণু তত্ত্বশিংগুম্না ঙমখৈ নাইদবা শক্তি মখোয়গী লৈতে। মরমসিনা বিষ্ণুতত্ত্বশিংগা হায়বদি নারায়ণগী কলাশিংগা জাৎতা অমতা ওইনা তক্ফদে। কনাগুম্বনা অনীসিবু অমতনি হায়রবদি খুদক্তা মহাক পাষণ্ডী কৌবা অপরাধী (মরাল লৈবা মী) ওইগ-দবনি। কলিযুগসিদা মী অয়াম্বনা তত্ত্ব অনীসিবু মান্নহন্দুনা অপরাধ তৌই।

তোঙানতাবা অংশশিংসিগী মায়িক শক্তিগী মতাঙদা তোঙান তোঙানবা মফম লৈ। মখোয় খরদি কালভৈরব, শ্মশানভৈরব (মোংফমগী ভৈরব), শনি, মহাকালী, অমদি চণ্ডিকাগুম্বা অসিনি। অসিগুম্বা দেবতাশিংসিবু (লাইমচাশিংসিবু) খ্বাইদগী হুম্বা তমঃ গুণগী মীতাশিংনা ইরাৎলি। মায়াগী মুংঙাইবা ফংনীঙবা রজঃ গুণ চেনবা মীতাশিংনা ব্রহ্মা, শিব, সূর্য্য, গণেশগুম্বা দেবতাশিংবু ইরাৎলী। প্রাকৃত সত্ত্বগুণ চেনবা মীতাশিংনা বিষ্ণুতত্ত্বশিংবুদা ইরাৎলী। বিষ্ণুতত্ত্বশিংগী মিং অমসুং শক মখল মখলগী লৈ, মখোয়দুদি নারায়ণ, দামোদর, বামন, গোবিন্দ অমসুং অধোক্ষজনচিংবনি।

মতিক চাবা ব্রাহ্মণশিংনা শালগ্রাম শিলানা প্রতিনিধি ওইবা বিষ্ণুতত্ত্বশিংবু সেবা তৌই অদুগা ক্ষত্রিয়-বৈশ্যনচিংবা অৱাংবা বর্ণগী মী খরনসু সাধারণ ওইনা বিষ্ণু তত্ত্বশিংবু পূজা তৌই।

অৱাংবা থাক্কী গুণ চেল্লবা সত্ত্বগুণদা লৈবা ব্রাহ্মণশিংনা অতৈনা তৌরিবা পূজা মওংদা কলক য়েংথিরুবা তৌদে। দেবতা অতৈশিংবু য়েংবদা কাল-ভৈরব নৎত্রগা মহাকালীগুম্না কিনঙাই মশক ওইরবসু ব্রাহ্মণশিংসিনা দেবশিংসিবু সম্মান তৌই। পরমেশ্বর ভগবান্গী অকিবা শক্তম পুরিবা দেবতাশিংসে ভগবানগী সেবক মনাই ঙাক্তনি হায়বা ব্রাহ্মণশিংসিনা খঙি, অদুম ওইনমক দেবতাশিংগী (লাইশিংগী) অকিবগী মশক ওইবা অদুগা পুক্লীং চিংশন্নঙাই ওইবা ফিভম অনীমক্কী পূজাদি মখোয় তৌদে অদুগা বিষ্ণুগী শক্তমশিংদদা লুপ্লী, মরমদি মখোয় মায়া লাংদগী অৱান-খুভম ফংবগীদমক থৱাই য়াওশিল্লী। দেবতাশিংগী মকোক ওইরিবা ব্রহ্মাফাওবা য়াওনা দেবতা অমতনা মুক্তি পীবা ঙমদে। হিরণ্য-কশিপুনা মপুক্সিদা নিত্য ওইগে হায়না তপ কল্লা তৌখি, অদুবু ইরাৎচবা ব্রহ্মানা নিত্য ওইনবা বর পীদুনা পেলহনবা ঙমদে। মরমদুনা বিষ্ণুতবু মুক্তিপাদ হায়বদি মুক্তি পীবা ঙম্বা পরমেশ্বর ভগবান্ হায়নৈ, অতৈ কনামতবু হায়নদে। দেবতাশিংসে মায়িক জগৎকী জীব অতৈগুম্বনীনা প্রলয় মতমদা হেক হেক লোয়শল্লী। মখোয় মশামক্তা মুক্তি ফংবা ঙমজদে, অদুনা মখোয় মখোয়গী ভক্তশিংদা মুক্তি পীবা ঙম্বগী ৱাদি আ লাপ্পা থমখরে। দেবতাশিংনা মখোয়গী ভক্তশিংদা মতম খরতগী ওইবা কান্নবা অদুতা পীবা ঙম্মী অদুগা অয়োৎবী কান্নবদি পীবা ঙমদে।

মরমসিনা অৱান খুভম পাম্বশিংনা কনামতবু উপাসনা তৌনিংঙ্গবসু মখোয়না মপুকপুংদা বিচার তৌদুনা দেবতাশিংবু ইরাৎপা হায়বসু তৌরোইদবনি।

শ্লোক ২৭

**রজস্তমঃ প্রকৃতয় সমশীলা ভজন্তি বৈ।**
**পিতৃভূতপ্রজেশাদীন্ শ্রিয়ৈশ্বর্য্যপ্রজেপ্সবঃ॥ ২৭॥**

শব্দার্থ

রজঃ—রজগুণ (অপাম্বা); তমঃ—তমগুণ (অমম্বা); প্রকৃতয়ঃ – স্বভাবকী; (রজস্তমঃ প্রকৃতয়ঃ -রজ তম গুণগী স্বভাবনা মখোয়গী ওইবা মীতাশিংগী); সমশীলা—(মখোয়না লাৎচবা লাইমচাশিংগা) শাজং তিন্নবা; ভজন্তি—ভজন তৌই; বৈ—তশেংনা; পিতৃ—ইপা ইপুশিং; ভূত—ভূত, অতৈ জীবশিং; প্রজেশ-আদীন্—প্রজা ঙাকপশিং; শ্রিয়া—লল্লৈবা; ঐশ্বর্য্য—লন অমসুং শক্তি; প্রজা—মচা মশু; ইপ্সবঃ—পান্নিবশিং।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

রজগা তমগা গুণ অনীসিগী মীতাশিংনা মপা মপুশিং, অতৈ জীবশিং অহুগা সৃষ্টিগী থবক পুবিবা লাইমচাশিংবু লাৎলী, মরমদি মখোয়না মুপী, লন, শক্তি অমসুং ধাবানালা (মচা মশু) পাম্মী।

নৈনবোল

পরমেশ্বর ভগবান্গী নাক্তা চাননা হন্নীংলবদি লাইমচা মখল অমতবু লাৎলুবগী কান্নবা লৈতে। ভগবদ্গীতা (৭।২০,২৩) দা তরংনা হায়রি—লনথুমগী ভোগ তৌনিংবা মীতাশিংনা দেবতা (লাইমচা) ময়ামদা কুইদবা মতমগী কান্নবা ফংনবা চঙজে, হাযরিবা কান্নবশিংহুদি বুদ্ধি থেনবা মীতাশিংগীদমক্তি। লনথুম ভোগ তৌবগী চংশনবনা হেনগৎনবা ঐখোয় কৈদৌঙৈদসু তৌফদে। লম্বুম ভোগ তৌবা হায়বহুদি পুন্সিদা চঙদবা য়াদবা শরুক অহুথক্কীদা তৌগদবনি, মহুদগী হেনবসু য়াদে রাৎপসু য়াদে। লম্বুম ভোগ হেনগৎনা লৌশনবগী অর্থদি সংসারদা লৈবগী অরাবহুদা ইশাবু থোইনা হেন্না পুনশনবগী রানি। লন হেন্না লৈবা, মুপী হেন্না থিবা অহুগা ওইদবা আভিজাত্য (অচৌ অশাং ওইবগী ভাব) ঙাকপা হায়বসি লম্বুম পামগনবা মীতাশিংগী অপাম্বা থরনি, মরমদি বিষ্ণু লাৎপদগী ফংলকপা কান্নবদো মহাক খঙদে। বিষ্ণু লাৎলগা হন্দক্কী মপোক্তদা নত্তনা হয়েংমুক্কী মপোক্কীদমকসু কান্নে। রা ময়ামসি কাউথোক্তুনা মুপী, লন, মচামশু য়ান্না য়াম্বা মশীঙগী পান্নিবা মীতাশিংনা দেবতা মখল মখা ইরাৎলী। পুন্সিগী পান্দমদি পুন্সিগী অরাবা কোকপা হায়রনি; মুপী, অঙাং, লম্বুমগী মশীঙ হেনগৎ-হনবা নত্তে।

লম্বুম ভোগ তৌবগীদমক দেবতাশিংদা হায়জরবসু য়াই। দেবতাশিংদি পরমেশ্বর ভগবান্গী মনাই ঙাক্তনি। মতৌ অসুম ওইবনা মৈ, ঈশীং, সুংশিৎনচিংবা পুন্সিগী অচঙপোৎ হুনবদি মখোয়গী মথৌনি। মীপুম খুদিংনা থবক কন্না নোমগদবনি অহুগা হিংননবা নোমলুবহুগী ফংলকপা অনোম্বল মহৈ পুম্বদো কৎতুনা পরমেশ্বর ভগবান্বু পূজা তৌগদবনি। ভগবান্বু থাজবগা (শ্রদ্ধাগা) লোয়ননা মী খুদিংনা অশিন চুম্না পাঙথোক্কদবনি; মহুতনা মহাকপু মথং মথং ওইনা লমজিংহুনা ভগবান্গী নাক স্নৌনবা পুৰিগনি।

ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনা স্বয়ং (মশামক) ব্রজধামদা লৈবিরম্বা মতমদা দেবতা (লাইমচা) ইন্দ্রবু পূজা তৌবা থিংখি অহুগা মথৌ পাঙথোক্তুনা অমদি ভগবান্দা থাজবা (শ্রদ্ধা) হাপতুনা ভগবান্বু পূজা তৌ হায়না ব্রজবাসীশিংদা তাক্লম্মী। সংসারগী মুংঙাইনবা লম্বুম ফংনবগীদমক দেবতা ময়াম

লাৎপদি অওইবমক ধর্ম্মগী ওন্ন তৈনবনি। অসিগুম্বা ধর্ম্মগী থবক্তি "কৈতবধর্ম্ম" হায়বত্থুনি হায়না ভাগবত হৌগৎলকপদা য়াদবা উৎশ্রে। মীপুম খুদিংমক্না ইনগদবা ধর্ম্মদি পৃথিবীসিদা অমখক্তং লৈ মত্থুদি ভাগবৎ ধর্ম্মনি হায়বদি পরমেশ্বর ভগবান্‌তবুনি অতৈ অতোপ্পা লাই অমবু লাৎকদবা নত্তে হায়না তাকপীবা ধর্ম্ম অত্থুতনি।

### শ্লোক ২৮-২৯

**বাসুদেবপরা বেদা বাসুদেবপরা মখাঃ।**
**বাসুদেবপরা যোগা বাসুদেবপরাঃ ক্রিয়াঃ॥ ২৮॥**
**বাসুদেবপরং জ্ঞানং বাসুদেবপরং তপঃ।**
**বাসুদেবপরো ধর্ম্মো বাসুদেবপরা গতিঃ॥ ২৯॥**

### শব্দার্থ

বাসুদেব—পরমেশ্বর ভগবান্; পরাঃ—অরোইবী পান্দম; (বাসুদেবপরাঃ—বাসুদেবনা পান্দম ওইরিবা); বেদাঃ—বেদশিং; বাসুদেব—পরমেশ্বর ভগবান্; পরাঃ—লাৎনবগী ওইবা; মখাঃ—যজ্ঞশিং; বাসুদেব—পরমেশ্বর ভগবান; পরাঃ—যৎনবা উপায়; যোগাঃ—যোগশিং; বাসুদেব—পরমেশ্বর ভগবান্; পরাঃ—খুত্থুম চনবা; ক্রিয়াঃ—মহৈ পাম্বা থবকশিং; বাসুদেব—পরমেশ্বর ভগবান্; পরম্—পুঙথোই থোইবা; জ্ঞানম্—খঙবা; বাসুদেব—পরমেশ্বর ভগবান্; পরম্—পুমহেন হেনবা; তপঃ—হকচাঙগী অৱাবা য়াওবা লাইনীঙ; বাসুদেব—পরমেশ্বর ভগবান্; পরঃ—হেঙ্গৎপা গুণ; ধর্ম্মঃ—ধর্ম্ম; বাসুদেব—পরমেশ্বর ভগবান্; পরাঃ—পোলোই ওইবা; গতিঃ—পুন্সি পন্থুং।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

বেদশিংনা তাকপা মতুং ইন্না খঙনঙাই অরোয়বা হায়ববু পরমেশ্বর ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণদনি। যজ্ঞ তৌবগী মরমদি মহাকপু পেলহন্নবনি। যোগনা মহাকপু উপলব্ধি তৌনবগীনি। সকাম কর্ম্মগী ফল পুম্বা মহাক্তনা পীবনি। মহাক্তনা অথোইবা জ্ঞান অত্থুনি। অত্থুগা তপ পুম্নমক মহাকপু খঙনবা তৌবনি। ধর্ম্মনা মঙোন্দা প্রেম সেবা তৌই। মহাক্নি পুন্সিগী পন্থুং ওইরিবা।

### নৈনরোল

পরমেশ্বর ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণতনা লাৎফম ওইবা বিষয় ওই হায়বসে শ্লোক অনীসিদা শোয়দ্রবনি হায়রি। বৈদিক সাহিত্যদা উদ্দেশ্য অসিমক হায়রি, মত্থুদি—জীবনা মহাক্কা সম্বন্ধ থন্নগা ঐখোয়গী মাঙলুরবা মঙোন্দা তৌবা প্রেম-সেবাদো অমুক হিঙ্গৎহনবা। বেদশিংনা তাক্লিবা রামচং হায়ববু অত্থুনি। ভগবদগীতাদসু ভগবান্‌গী শ্রীমুখমক্না মতবাদসে শোয়দবনি হায়রি, মত্থুদি—বেদশিংগী অরোইবী লক্ষ্যদি মহাকপুদা খঙনবনি। লাইতাক ওইবা (অপৌরু.ষয়) শাস্ত্রশিংসে ভগবান্‌না শ্রীলব্যাসদেব ওইনা অবতার তৌত্থুনা পতিত ওইরবা মায়াবদ্ধ জীবশিংবু পরমেশ্বর ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণ নীঙশিংহনগে হায়বগী শেমথিবনি। দেবতা (লাইমচা) অমতনা জীবদা মায়ালাংদগী অরান খুভম পীবা ঙমদে। মসি বেদ পুম্বগী মতনি। নিরাকারবাদীশিংনা সাকার ভগবান্‌বু খঙদবা মরম্না পরমেশ্বর ভগবান্‌গী শক্তি চাং হন্থনা লেপ্পী অত্থুগা ভগবান্‌বু জীবশিংগা মান্ননা লৌই, অস্তুম তৌবনা নিরাকারবাদীশিং অসিনা মায়া লাংদগী মুক্তি ফংবদি য়াম্না রানা থোকই। মখোয়না মপোক য়াম্না পরমার্থগী জ্ঞান নৈনরবা মতুংদা ভগবান্‌গী মকমদা চঙজে।

বৈদিক কর্ম্মশিংদি যজ্ঞনা য়ুম্ফম ওইরগা তৌবনি হায়না কনাগুম্বনা য়েংপা য়াই। মহু অচুম্বনি। অসিগুম্বা যজ্ঞ পুম্নমক্তো বাসুদেবগী মরমদা অচুম্বা খঙনবগীসু তৌনরিবনি। বাসুদেবগী অতোপ্পা মিং অমনা যজ্ঞ কৌই। যজ্ঞ পুম্বা অতুগা কর্ম্ম পুম্বা যজ্ঞগী হায়বদি ভগবান্ বিষ্ণুগীদমক পেন্নবা তৌগদবনি হায়না ভগবদ্গীতাদা তরংনা হায়রি। যোগগী মতাঙদসু অসিমঙাই। যোগগী অর্থদি পরমেশ্বর ভগবান্‌গা সম্বন্ধ লৈনবা হায়বনি। অতুমকপু হকচাঙগী সাধন মওং কয়ামুক চঙডি, মখোয়তুদি আসন, (হকচাঙ কয়াংপু থম্বা মথম), ধ্যান (য়ৌশন্না খনবা), প্রাণায়াম (স্বর হোনবগী নিয়ম), অমসুং সমাধি অসিনচিংবনি। মখোয় পুম্নমক অসে জীবগী থম্মোয় লকানুংদা লৈবা বাসুদেবগী শক্তম পরমাত্মা হায়বতুদা পুক্নীং লুপ্পনবগীদমক্নি। পরমাত্মাবু যংবদি বাসুদেববু মচেৎ ওইনা ফংবনি। বন.গুম্বনা হোংনবদা মঙ্গল ওইরববদি মহাক বাসুদেববু মপুঙ যানা ফংলে। অতুবু লাইবক থীবনা যোগী অয়াম্বা যোগগী শক্তিনা লম্মুক্রুহল্লি। হন্দক্কী মপোক্তা লাইবক থীরবা যোগীবু হয়েংমুক্কী মপোক্তা লাইরিক হৈবা ব্রাহ্মণগী ইমুংদা নত্রগা লল্লৈবা লল্লোল ইতিক তৌবা মীগী ইমুংদা পোকহল্লি, মতুনা বাসুদেববু ফংনবগীদমক নহালমুক্কী মপোক্তা লোইথোক-ঙমদবা কর্ম্মত্ত তৌননবা হায়তুনা। অসিগুম্বা লাইবক ফবা ব্রাহ্মণ অমদি লল্লোল ইতিক তৌবা মীগী মচাশিংনা তাঞ্জাসিবু চপ-চানা শীজিন্নরবদি সাধু সন্তশিংগা সঙ্গ তৌতুনা মতুগী যল ওইনা মখোয়না ইরায় লায়মা বাসুদেববু ফংজৈ। লাইবক থীবগী রাদি করি অমুক হায়রুনি, অসিগুম্বা পান্নরবা মপোক্কী মীশিংসে অমুক সংসারগী লম্মূম্না অমসুং মান পাম্বনা শুমহৎখিতুনা অওইবা ওইনা পুন্সি পান্দম কাউথোকই।

জ্ঞানচর্চ্চাগী মতাংদসু অসি মঙায়। ভগবদ্গীতাগী মতুং ইন্না জ্ঞান চর্চ্চাগী মরম তরানিপাল-খক লৈ। অসুম্না তৌবা কনাগুম্বনা অসুম অসুম ফরক্তুনা নাপল কাদবা, হাৎনীঙ চৈনিংদবা (অহিংসাবাদী), অখাঙ কনবা, চম্বা, গুরুদা ভক্তি লৈবা অতুগা মশাবু খুত্তুম চনবা ঙম্বা ওইরকই। জ্ঞান চর্চ্চা তৌরগা কনাগুম্বনা ময়ুম মকৈদা আসক্ত (পামশনবা) ওইরক্তে অতুগা শিবা পোকপা হন্নুরকপা অনায়েক্তগী থোরকপা অরাবশিংদো মুন্না খঙজরকই। জ্ঞান চর্চ্চা পুম্বা পরমেশ্বর ভগবান্ বাসুদেববু ভক্তি তৌবদা মতোল লোম্মী। মরমসিনা বাসুদেবনা জ্ঞানগী মশা মরেং মখল মখা লৈরিবা পুম্নমক্কী ইরোই লোইবা পান্দমনি। বাসুদেববু উননবা কনাগুম্ববু দিব্য ধামদা পুখংঙম্বা জ্ঞান চর্চ্চাদো তশেংবা জ্ঞান হায়বতুনি। প্রাকৃত জ্ঞানবু (physical knowledge) মাগী মশা মরেংশিংগা লোয়ননা জ্ঞানগী ওন্ন-তৈনবনি হায়রগা মমিং 'অজ্ঞান' হায়না ভগবদ্গীতানা লৌখৎলমদে। প্রাকৃত জ্ঞানগী চরম উদ্দেশ্যদি (অরোইবী পান্দমদি) ইন্দ্রিয়শিংবু পেলহনবনি; মতুনা ওইরিবদি সংসারদা হঞ্জন হঞ্জন পোকপগী মিয়াৎ শাংথবা ভমসুং মতুগী যল ওইনা অতুম লোঙবা মৈচাক তত্তনা ফংবা হায়বতুনি। মরমতুনা সংসারগী মুংঙাইবতনা পুন্সিবু শাংথহনবদি অজ্ঞান কৌই। অতুবু হায়রিবা প্রাকৃত জ্ঞান অসিনা আত্মাবু শকখঙনবগী লম্বীদা কনাগুম্ববু পুবিরবদি সংসারগী অরাবগী মশক ওইবা মাগী পুন্সিদো লোইশনবদা অতুগা বাসুদেবগীদমক আধ্যাত্মিক জীবন লেনবা হৌগৎপদা তেংবাংবী।

হায়রিবা রাকমসে তপ মখল পুম্নমক্কী মতাংদসু অতু মঙায়। "তপস্যাগী" অর্থদি পুন্সি পোলোই অরাংবা অমা ফংননবগীদমক হকচাঙগী অরাবা লৌবনি। রাবণ অমসুং হিরণ্যকশিপু অনীনা ইন্দ্রিয় পেলহন্নবগী অনীঙবা থুংননবা শাথিবা তপস্যা মখল অমা তৌখি। করি করিগুম্বা মতমদা হৌজিক কালগী রাজনীতি য়াওবা মীতাশিংনা রাজনৈতিক উদ্দেশ্য পাঙথোক্লুবা হায়তুনা শাথি শাথিবা জাৎতাগী তপস্যা তৌই। মখোয়না তৌরিবসে তপস্যা অশেঙবা নত্তে। কনাগুম্বনা মশানা য়ানা হকচাঙগী খুদোংচাদবা বাসুদেববু খঙননবগীদমক্তা লৌগদবনি, মরমদি মতুনা তপস্যাগী অশেঙবা মতৌনি। মহু

নংত্রগদি তপস্যাগী মখল পুন্নমক রজঃ অমসুং তমঃগী ঙাক্তনি হায়না খন্দোকই। রজগা তমগনা পুন্সিগী অৱাবৰু খমহনবা ঙমদে। সত্বগুণতনা পুন্সি মৈত্যাক অহুম্বু কোকহনবা ঙম্মী। ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী পম্বো বসুদেবগা পলেম দেবকীগা অনীনা বাসুদেবৰু (কৃষ্ণবু) মচা ওইনা যংজগে হায়তুনা অকনবা তপস্যা তৌখি। ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণ জীব পুন্নমক্কী মপানি (ভগবদ্গীতা ১৪।৪)। মরমসিনা মহাক জীব অতৈ পুন্নমক্কী আদি (থোরকযম ওইবা) জীবনি। মহাক্না ভোক্তালক্তা আদি ওইবা নিত্য ভোক্তানি (নুংঙাই হৈবা অহুনি)। মরমহুনা কনামতনা মাবু পোকপ মপা ওইবা য়ারোই। খঙদবা কনাগুম্বনদি ওন্ন-তৈননা খল্লি। বসুদেব দেবকী অনীগী তপস্যাদা শ্রীকৃষ্ণনা পেনবীরহুনা মখোয়গী মচা ওইগে হায়না য়াবিখি। মরমসিনা তপস্যা তৌবা তারবদি জ্ঞানগী পান্দম বাসুদেবৰু খঙননবা তপস্যা তৌগদবনি।

বাসুদেবদি পরমেশ্বর ভগবান্ আদি পুরুষ শ্রীকৃষ্ণ অহুনি। মমাঙদা হায়খ্রবহুনি—আদি অনাদি ওইবা থোরকফম পুন্নমক্কী থোরকফম ওইবা পরমেশ্বর ভগবান্না শীঙনাইদবা মওং লৌখি। মহাক্না স্বরূপ মখল মখা লৌবসি ওইথোক্লবা মাগী শক্তি মখল মখা লৈ। মহাক্কী শক্তিশিংসু (মঙমশিংসু) শীঙনাইদবনি। মাগী অন্তরঙ্গা (মনুং হঙ্গনবা) শক্তিশিংনা অথোয়বনি অহুগা বহিরঙ্গা শক্তিশিংনা হন্থবা শক্তিনি। মখোয়সিবু পরা (অথোয়বা) অমসুং অপরা (হন্থবা) শক্তি কৌহুনা ভগবদ্গীতাদা (৭।৪—৬) ফজনা তাক্লি। মরমসিনা মাগী অন্তরঙ্গা শক্তি (মনুংগী শক্তি) শীজন্নহুনা লৌবা রূপ-শিংনা অথোইবনি অহুগা বহিরঙ্গা (মপাম্বোংগী) শক্তিশিং শীজন্নরগা লৌবা রূপশিংনা হন্থবা রূপ ঙাক্লি। মহাক্কী অন্তরঙ্গা শক্তিগী মপাল্লা ওইরকপা জীবশিংদো নিত্য মুক্ত (মতম পুম্বদা অৱান খুভম ফংবা) জীব ঙাক্লি অহুগা বহিরঙ্গা শক্তিগা মরী লৈনহুনা ওইবকপা জীবশিংনা মতম পুন্নমক্তা মায়া লাংদা থুরবা আত্মা ওইনা লৈ। মরমসিনা জ্ঞান, তপ, যজ্ঞ অমসুং কর্ম্ম পুন্নমক ঐখোয়বু খুহুম চল্লিবা পোংকী মতৌ হোংদোক্লবগীদমক তৌগদবনি। হৌজিক হৌজিকমক ঐখোয় লোয়নমক ভগবান্গী বহিরঙ্গা শক্তিগী মখা পোল্লি, অহুনা মখা পোনবগী মওংসি হোংদোক্লবা ঐখোয় আধ্যাত্মিক শক্তি চেন্নবা হোৎনবা তাই। ভগবদ্গীতানা হায়রি মহুদি মপুকচেল পাকখিবনা ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী সেবাদা লুপথ্রবা মহাত্মাশিংদি অন্তরঙ্গ শক্তিগী মখা পোল্লি, অহুগা মহুগী ফল ওইনা মহাত্মা ওইবা জীবশিংনা মতম পুন্নমক্তা পুক্নীং লোঙদবা মখে ভগবান্গী সেবা তৌহুনা লৈ। মখোয়না তৌবিবহুনি পুন্সি পান্দম ওইগদবদি। বৈদিক সাহিত্যশিংনা হায়রিবা ৱাসু অহুতনি। দিব্য জ্ঞান ফংনবগীদমক সকাম কর্ম্ম তৌরুবগী নত্রগা চগংনবা দর্শন নৈনবগী কান্নবা লৈতে। মী খুদিংমক ভগবান্বু ভক্তি সেবা তৌবদা খুদক্তা চোংশনগদবা ওইয়ে। প্রাকৃত জগৎকী সৃষ্টি-পালন-প্রলয় তৌবগীদমক ভগবান্গী মখুৎ ওইনা থবক তৌরিবা দেবতা তোঙান তোঙানবা লৈরিবশিংবু লাংলু নীঙঙ্বগী কান্নবা লৈতে। প্রাকৃত জগৎকী শীল্লাংলিবা শক্তি চেনবা দেবতা শীঙনাইদনা লৈ। মখোয় লোয়নমক ভগবান্ বাসুদেবগী সহকারী তোঙান তোঙানবা ঙাক্তনি। শিব অমদি ব্রহ্মা ফাওবা দেবতাশিংদা চল্লি, অহুগা ভগবান্ বিষ্ণু হায়বদি বাসুদেবদি মতম পুম্বদা প্রকৃতিগী ৱাংমদা লৈ। মহাক্না প্রাকৃত জগৎকী সত্ত্বগুণ লৌরফাওবদা মহাক প্রাকৃত গুণশিংগী ৱাংমদা অহুম লৈ হায়বদি মহাক মায়াগী মখা পোন্দে। মখাদা পীরিবা খুদমসিনা বিষয়সি অমুক হেন্না শুগাইনা উৎপা ঙমগনি। কৈশুমশঙদা কৈ ময়ামনে অহুগা শঙ পান্নবা ময়ামনে পুল্লপ্পা লৈমিন্নৈ। কৈশিংনে অহুগা শঙপান্নবশিংনে পুন্নমক নিংথৌনা শেন্বা আইনগী মখা পোল্লি। অহুবু করিগুম্বা মতমদা নিংথৌনা কৈশুমশঙদা চঙলক্লবসু, কৈশুমশঙগী আইন অমতনা নিংথৌবু পুন্দে। মরমহুনা নিংথৌদি কৈশুমশঙগী আইনগী ৱাংমদা লৈ, মহুদি পরমেশ্বর ভগবান্না মতম পুম্বদা প্রাকৃত জগৎকী নিয়মশিংগী ৱাংমদা লৈবগুম্বনি।

শ্লোক ৩০

**স এবেদং সসর্জাগ্রে ভগবানাত্মমায়য়া।**
**সদসদ্রূপয়া চাসৌ গুণময়্যাগুণো বিভুঃ ॥ ৩০ ॥**

শব্দার্থ

সঃ—মহাক; এব—লেপ্পমক; ইদম্—মসি; সসর্জ—শেমখি (সৃষ্টি তৌখি); অগ্রে—হান্নবা; ভগবান্—ভগবান্‌না; আত্মময়য়া—মাগী লন্নাই শক্তিনা; সৎ—মরমনা (কারণ); অসৎ—থোরক্লিবা থবক (কার্য্য); রূপয়া—মওংনা; চ—অমসুং; অসৌ—ভগবান্ মহাকমক্না; গুণময়্যা—প্রাকৃত গুণ অহুমগী মশক ওইবী; অগুণঃ—গুণগী ৱাংমদা লৈবা; বিভুঃ—পরমেশ্বর ভগবান্।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

জগৎ সৃষ্টি হৌরকপদা পরমেশ্বর ভগবান্ (বাসুদেব) মহাক্না গুণশিংগী ৱাংমদা লৈরগা সৎ-অসৎকী মশক ওইবা শক্তিশিংবু মশামক্কী অন্তরঙ্গা শক্তিগী পান্থৈনা শেমখি।

নৈনরোল

ভগবান্‌গী মফমদি মতম পুম্বদা দিব্য ভাবতা হায়বদি প্রাকৃত গুণশিংগী ৱাংমদা লৈবনি। মরমদি প্রাকৃত জগৎ সৃষ্টিগীদমক চঙগদবা কারণ অমদি কার্য্যগী মশক ওইবা শক্তিশিংদো অন্তরঙ্গা শক্তিগী মতেং লৌদুনা ভগবান্‌না শেমখিবনি। মরমদুনা প্রাকৃত গুণশিংনা মঙোন্দা হাইজনবা ঙমদে। প্রাকৃত জগৎ শেমগ্রিঙৈগী মমাঙদগী মহাক্কী সত্তা, মূর্ত্তি, লীলাশিং অমদি ধাম্‌চিংবা হান্নবা লৈরক্ল-বনি। মহাক্তি দিব্য ঙাক্তনি অদুনা প্রাকৃত জগৎকী গুণশিংগা করিস্থ মরী লৈনদে। প্রাকৃত গুণ-শিংসিদি ভগবান্‌গী গুণশিংগা খেন্নে।

শ্লোক ১৫

**তয়া বিলসিতেষ্বেষু গুণেষু গুণবানিব।**
**অন্তঃপ্রবিষ্ট আভাতি বিজ্ঞানেন বিজৃম্ভিতঃ ॥ ৩১ ॥**

শব্দার্থ

তয়া—মদুনা; বিলাসিতেষু—থোরক্লবস্থ (ফোঙলক্লবস্থ); এষু—মখোয়সি; গুণেষু—প্রাকৃত গুণশিং; গুণবান্—প্রকৃত গুণ চেনবা; ইব—গুম্না; অন্তঃ—মনুংদা; প্রবিষ্ট—চঙলিবা; আভাতি—মান্নী; বিজ্ঞা-নেন মাগী চিৎ-শক্তিগী পান্থৈনা; বিজৃম্ভিতঃ—মপুঙ ফানা খঙবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ভগবান্ অদুনা মাগী চিৎ শক্তিগী পান্থৈনা নীঙতম্বা অধীশ্বর (লাই মকোক) ওইরবস্থ বহিরঙ্গা শক্তি মায়া হায়রবদুদগী থোকখিবা জড় (থরাই পান্দবা) ওইবা পঞ্চভূতনা শাবা বিশ্বগী মনুঙদা অন্তর্ধামী ওইনা চঙলগা প্রাকৃত গুণগী (সগুণ) ওইবগুম্না শকউৎলী; তৌইগুম্বসুং তশেংবদি মহাক গুণগী ৱাংমদা লৈবা (গুণাতীত) ব্রহ্মাণ্ডগী মনুংদা অনীশুবা পুরুষ গর্ভোদকশায়ী অদুনি।

নৈনরোল

জীবশিংদি ভগবান্‌গী তোঙান তাবা অংশ (শরুক) ওাক্তনি। দিব্যধামদা লৈবদা মতিক চাত্রবা মায়াবদ্ধ (মায়ালাংদা থুরবা) জীবশিংবু জড় ওইবা পোৎ ভোগ মপুঙফানা তৌনবা হায়দুনা প্রাকৃত জগৎতা লংশল্লি। পরমাত্মা ওইনা অমসুং জীবশিংগী মতম পুম্বগী মরুপ ওইনা ভগবান্‌না মাগী অংশ অমবু জীবশিংগা লোয়নহল্লি মরমদি জীবশিংনা জড়ভোগ তৌবদা লমজিংবিনবা অমদি থবক পুম্বদা সাক্ষী ওইনবনি। জীবশিংনা জড়ভোগ তৌরিঙৈদা ভগবান্‌না মাগী দিব্য-ভাব অদু ওাক্তুনা লৈ, প্রাকৃত গুণশিংনা মাবু শোকপা ঙমদে। বৈদিক সাহিত্যশিংদা (শ্রুতিদা) হায়রিবদি পামেল তলা অমদা চেক্লা উচেক অনীথক লৈ হায়রি। উচেক অনীগী মরক্তা অমথক্তা পান্বীদুগী উহৈ চারি অদুগা অমনা মাগী থবকশিংদুগী সাক্ষী ওইদুনা য়েংলি।* সাক্ষীদুনা ভগবান্‌নি অদুগা উহৈ চারিবদুনা জীবদুনি। উহৈ চারিবা উচেক্‌না মশাগী স্বরূপ অওইবদো কাউথ্রে অদুগা মায়িক অবস্থাগী সকাম কর্ম্মদা শুমহৎপা ওইদুনা লৈগ্রে; তৌইগুম্বসুং পরমাত্মাদি মতম পুম্বদা দিব্যজ্ঞাননা পূর্ণ ওইদুনা লৈ। মদুনি পরমাত্মাগা জীবাত্মাগা খেন্নরিবা। জীবাত্মাদি প্রকৃতিগী নিয়ম্না খুদুম চল্লি অদুগা পরমাত্মাদি প্রাকৃত শক্তিগী অধীশ্বরনি (মবুংঙোনি)।

শ্লোক ৩২

**যথা হ্যবহিতো বহ্নির্দারুম্বেকঃ স্বযোনিষু।**
**নানেব ভাতি বিশ্বাত্মা ভূতেষু চ তথা পুমান্ ।৩২॥**

শব্দার্থ

যথা—অদুগুম্না; হি—চপ চানা; অবহিতঃ—মনুংদা হাল্লবা; বহ্নিঃ—মৈ; দারুষু—উগী মনুংদা; একঃ—অমা; স্বযোনিষু—থোরককম; নানা ইব—মখল মখা ওইবগুম্না; ভাতি—ওাল্লি; বিশ্ব-আত্মা—বিশ্বগী মনুংদা লৈবা অন্তর্য্যামী পরমাত্মা; ভূতেষু—জীবশিংদা; চ—অমসুং; তথা—অদুম্না; পুমান্—অদ্বয় তত্ত্ব ওইবা পুরুষ (ক্ষীরোদকশায়ী অদুমগুবা পুরুষ)।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মৈনা উগী মনুংদা লৈবগুম্না ভগবান্‌না পরমাত্মা ওইনা পোৎ পুম্নমক্কী মনুংদা লৈ; মরমদুনা মহাক মখল মখাগী ময়াম ওইনা লৈবা মাল্লিবনি, তৌবগীদি মহাক অদ্বিতীয় (অনীগুদবা) পুরুষ অদুনি।

নৈনরোল

পরমেশ্বর ভগবান্ বাসুদেবনা মাগী অংশ অমথক্তা প্রাকৃত জগৎ পুম্বদা চঙদুনা লৈ, মহাক লৈ হায়বসে আণবিক শক্তিগী (atomic energy) মনুংদা কাওবা উবা ফংতী। জড়

---

*দ্বা সুপর্ণা সযুজা সখায়া সমানং বৃক্ষং পরিষস্বজাতে।
তয়োঃ অন্যঃ পিপ্পলং স্বাদ্বত্তি অনশ্নন্ অন্যোঽভিচাকশীতি॥
(মুণ্ডক উপনিষদ্ ৩।১।১)

(matter), প্রতিজড় (anti matter), প্রোটোন, নিউট্রোন্নচিংবসি ভগবান্গী স্বরূপ পরমাত্মাদগী থোরকপা ওাক্লি। উদগী মৈ উৎপগুম্না নক্লগা শঙ্গোমদগী মাখন শুংবগুম্না উপনিষদ্ অমদি বেদান্ত-নচিংবা বৈদিক সাহিত্যশিংদা নৈনবিবা দিব্য বিষয়শিংদো নিয়ম চুম্না শ্রবণ-কীর্তন তৌরগা পরমাত্মা ওইনা ভগবান্না লৈ হায়বসে খঙবা ঙমগনি। শ্রীমদ্ভাগবতম্সে বৈদিক সাহিত্যশিংসিগী ভাষ্যনি। দিব্য ওইবা পাওমেনবু শ্রবণ তৌবগা ভগবান্বু উপলব্ধি তৌবা ঙমগনি; দিব্য ওইবা বিষয়সে খঙনবগী উপায়নি। উগী মশান্নুংদা লৈবা মৈবু অতোপ্পা মৈ অমনা চুখৎলগা থোকহনবা য়াবগুম্না মীওইবগী মুংদা লৈবা দিব্য ভাব অত্থু অতোপ্পা দিব্য ভাব অমনা মৈ চুখৎপগুম চুখৎপা য়াই। ভগবৎ-কৃপাগী মশক ওইবা গুরুদেবনা উগী মশক ওইবা জীবগী মন্নুংদগী আধ্যাত্মিক অগ্নি (মৈ) ভগবান্গী কথাবু তানীংবা নাকোঙনা শ্রবণ তৌত্থুনা চুখৎপীগনি। মবমসিনা মী অমনা শ্রবণ তৌনীংবা মনাকোঙ লৈরগদা মতীক চাবা গুরুদেব অমবু খনজগদবা ওইয়ে। মতৌ অম্মুম্না ভগবান্ লৈ হায়বদো খঙজরক্কনি। থৌদৌ ঙসিদদা মীগা শাগা কবি থেম্নে হায়বত্থু খঙবা ঙমগনি। মীওইবদি নীঙথিনা চপ চানা শ্রবণ তৌবা হৈ অত্থুগা শাদি ঙমদে।

শ্লোক ৩৩

**অসৌ গুণময়ৈর্ভাবৈর্ভূতসূক্ষ্মেন্দ্রিয়াত্মভিঃ।**
**স্বনির্ম্মিতেষু নির্ব্বিষ্টো ভূঙ্‌ক্তে ভূতেষু তদ্‌গুণান্ ॥ ৩৩ ॥**

শব্দার্থ

অসৌ—পরমাত্মাত্থু; গুণময়ৈঃ—প্রাকৃত গুণশিংনা নমহৎলবা; ভাবৈঃ—পোৎশিংনা; ভূত—ওইবা; সূক্ষ্ম—অকুপ্পা, অপোবা নত্তবা; ইন্দ্রিয়—ইন্দ্রিয়; আত্মাভিঃ—জীবশিংনা; স্বনির্ম্মিতেষু—মশামক্না শাখিবা পোৎশিংদো; নির্ব্বিষ্টঃ—চঙত্থুনা; ভূঙ্‌ক্তে—ভোক্তা তৌহল্লি; ভূতেষু—জীবশিংদা; তৎগুণান্—প্রাকৃত গুণশিংদো।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

পরমাত্মানা মানা সৃষ্টি তৌখিবা অত্থুগা প্রাকৃত গুণশিংনা নমহৎলব্রা জীবশিংগী হকচাঙনুংদা চঙভী অত্থুগা জীবশিংবু মখোয় মখোয়গী কূপ্লবা ইন্দ্রিয়শিং অমসুং মন অত্থুনা খুৎলাই ওইত্থুনা মখোয়শিংত্থুগী অপাম্বা বিষয়শিংদো ভোগ তৌহল্লি (যংহল্লি)।

নৈনবোল

খ্বাইদগী বুদ্ধি হেনবা ব্রহ্মাদগী হৌরগা করিস্থু লৈতবা ককচেঙ ফাওবা লৌত্থুনা লৈরিবা জীবশিংগী জাৎ ৮,৪০০,০০০ খক্লি। মখোয় লোইনমক মখোয় মখোয়গী সূক্ষ্ম চিত্ত অত্থুগা স্থূল শরীরগী অপাম্বা মত্থুংইন্না প্রাকৃত জগৎপু ভোগ তৌই। স্থূল (অপোবা) হকচাঙসে সূক্ষ্ম (পোদবা), মনগী (পুক্নিংগী) ফিভমগী মতুং ইল্লি; অত্থুগা ইন্দ্রিয়শিংসে জীব জীবত্থুগী অনীংবা মতুং ইন্না শেম্নুনি। ভগবান্না পরমাত্মা ওইনা জীবনা প্রাকৃত সুখ ফংবদা জীববু তেংবাংবী মরমদি জীবদি মাগী অপাম্বা যংনবা লল্লাই গতি লৈজদে। মহাক্না তৌগে নীঙজে অত্থুগা ভগবান্না থোকপা অমা ওইহল্লি। অর্থ অমরোমদা হায়রগা, জীবশিংসে ভগবান্গী অংশ ওাক্তনি। মরমত্থুনা মখোয়সে

ভগবান্গা অমত্তনি। ভগবদ্গীতাদা হায়রি—জীবশিংসে হকচাঙ মখল মখাগী ওইরবস্তু লোইনমক ভগবান্গী মচা ঙাক্লি হায়না ভগবান্না হায়রি। মচাশিংগী অৱা-নুংঙাই পুম্নমক অপান্ননদি নত্তনা মপাগীসু অৱা নুংঙাই ওইরি। অদুবু মপাদা মচাশিংগী অৱা নুংঙাই ময়াম্না হকথেংননা পান্দে। ভগবান্সে কয়ামুক থৌজাল হৈবগে হায়ববু মহাক পরমাত্মা ওইবা জীবশিংগা মতম পুম্নমক্তা লৈমিন্নে অদুগা জীববু ত্শেঙবা নুংঙাইবা ফংহন্নবা হায়দুনা মতম পুম্বদা হোৎনৈ।

শ্লোক ৩৪

**ভাবয়ত্যেব সত্ত্বেন লোকান্ বৈ লোকভাবনঃ।**
**লীলাবতারানুরতো দেবতির্য্যঙ্নরাদিষু ॥ ৩৪॥**

শব্দার্থ

ভাবয়তি—য়োকই (পালন তৌই); সত্ত্বেন—সত্ত্বগুণনা; লোকান্—ব্রহ্মাণ্ডশিংবু; বৈ—চাওরাক্লা, সাধারণ ওইনা; লোকভাবনঃ—ব্রহ্মাণ্ডশিংগী মপু (কর্ত্তা); লীলা—লীলা, শান্নবা; অবতার—অবতার; অনুরতঃ—শরূক য়ারিবা; দেব-লাইনচাশিং; তির্য্যক্—অতোনবা শা; নরাদিষু—মীওইবা মরক্তা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

লোক ময়াম পুম্বগী মপু ভগবান্না দেবশিংনা, মীওইবশিংনা অদুগা অতোনবা শা মন্না লৈরিবা লোক ময়াম্বু পালন তৌই। মওং মখল মখলগী অবতার তৌদুনা সত্ত্বগুণগী জীবশিংবু লৌখৎপীনবা হায়দুনা লীলা শান্নৈ।

নৈনরোল

মশীঙ লাকঙমদবা প্রাকৃত ব্রহ্মাণ্ড ময়াম লৈখ্রে, অদুগা ব্রহ্মাণ্ড খুদিংদা প্রাকৃত গুণ তোঙান তোঙানবগী তোঙান তোঙানবা জীবশিংনা লৈবা গ্রহসু মশীঙ লাকঙমদনা লৈ। ভগবান্ বিষ্ণুনা গ্রহলোক খুদিংদা অমদি জীব মখল খুদিংদা অবতার তৌই। জীবশিংগী মরক্তা মহাক্কী দিব্য লীলা ময়ামদু উৎলী, মরমদি মদুনা জীবশিংনা ভগবান্গী মফমদা হল্লা চৎনীংবা পোকহল্লী। ভগবান্না মাগী হান্নগী দিব্য স্বরূপতি খক হোংদোক্কে, অদুবু থোইদোকপা মতম ফীভম অমদি সমাজগী মতুং ইন্না মহাকপু তোঙানবা অমা ওইনা উনৈ।

করিগুম্বা মতমদা ভগবান্ মশামক অবতার তৌই নত্রগা যুৎ-চাগদবা জীব অমদা মহাক্কী মহুৎ ওইনা থবক তৌনবা শক্তি পিন্নৈ। অদুবু থৌওং অনীমক্তা মরমদি তিন্নৈ হায়বদি অমত্তনি। ভগবান্না অৱাবা ফংলিবা জীবশিংবু ময়ুমদা হলহন্নীংঙি। জীবনা পামলিবা নুংঙাইবদুদি শীঙনাইদবা ব্রহ্মাণ্ডশিংগী করিগুম্বা প্রাকৃত গ্রহ অমদা ফংবা ঙম্মোই। জীবনা পামজবা নিত্য (মতম পুম্নমক্কী ওইবা) সুখ (নুংঙাইবা) হায়বদুদি ভগবান্গী রাজ্যদা ফংগদবনি, অদুবু কাউজন থীবা জীবশিংনা প্রাকৃত গুণ-শিংগী মখা পোনখিবনা ভগবান্গী রাজ্যগী ঈ-পাও অমতা খঙদে মরমদুনা ভগবান্না ঈশ্বরগী রাজ্যগী পাউ শন্দোকপা লাকই। পাউ শন্দোকপসে মশামক অবতার অমা ওইনা লাকুনা শন্দোক্লগা শন্দোক্লে নত্রগা মহাক্কী প্রতিনিধি অমবু মাগী অফবা মচানীপানি হায়দুনা শন্দোকহল্লী। অসিগুম্বা অবতারশিংনা

নত্রগা ভগবান্‌গী মচাম্নুপাশিংনা ভগবান্‌গী নাক্তা হন্না চৎনবগী প্রচারসে মীওইবগী সমাজদদা তৌদে। মখোয়গী প্রচারগী থবকসে সমাজ মখল পুম্নমক্তা, দেবতাশিংগী মরক্তা অদুগা মীওইবা নত্তবা অতৈগী মরক্তসু চথরিবনি।

অসুম্না ব্রহ্মসূত্র ভাষ্য শ্রীমদ্ভাগবতম্‌গী অহানবা স্কন্দদা ঈশ্বর অমসুং ঈশ্বরগী সেবা (শ্রীভগবদ-মুভাববর্ণনম্) কৌবা অনীশুবা অধ্যায়গী ভক্তিবেদান্ত নৈনরোল লোইরে।

# অহুমশুবা অধ্যায়

## শ্রীকৃষ্ণনা অবতার পুম্নমক্কী হৌরকফম্লি

শ্লোক ১

**সূত উবাচ**

**জগৃহে পৌরুষং রূপং ভগবান্মহদাদিভিঃ।**
**সম্ভূতং ষোড়শকলমাদৌ লোকসিসৃক্ষয়া ॥ ১ ॥**

**শব্দার্থ**

সূতঃ উবাচ—সূতনা হায়খি; জগৃহে—লৌখি; পৌরুষম্—পুরুষ অবতার অওইবা অংশ; রূপম্—শক; ভগবান্—ভগবান্না; মহৎ-আদিভিঃ—প্রাকৃত জগৎকী মহৎনচিংবা পোৎচঙশিংগা লোয়ননা; সম্ভূতম্—থোকখিবা; ষোড়শকলম্—অংশ তরাতরূক; আদৌ—অহানবদা; লোক—ব্রহ্মাণ্ডলোকশিং; সিসৃক্ষয়া—সৃষ্টি তৌজনীংবনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সূতনা হায়বম্মী:— ভগবান্না লোকশিং সৃষ্টি তৌনীংবনা ইহান হানবদা বুদ্ধি, অহঙ্কার অমসুং তন্মাত্রদগী ওইরকপা ইন্দ্রিয় তরামাথোই অমসুং মহাভূত মঙা—পোৎচঙ তরাতরুক্লা অংশ ওইনা মঙোন্দা লৈরিবা অহুগুম্বা (কারণার্ণবশায়ীগী মশক ওইবা) অহানবা পুরুষ নৎত্রগা বিরাট কৌবা রূপ (শক) অহু লৌখি।

নৈনবোল

পরমেশ্বর ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনা প্রাকৃত ব্রহ্মাণ্ডশিংসে মহাক্কী অংশশিংনা পালন তৌই হায়না ভগবদগীতানা হায। মরমহুনা পুরুষগী রূপ (শক) অসিনা গীতাগী বাফম অদো চুম্মী হায়রবনি। রাজা বসুদেব নৎত্রগা নন্দরাজাগী মচাবুঙোনি হায়না মিংচৎলিবা আদি ভগবান্ বাসুদেব নৎত্রগা কৃষ্ণদি ঐশ্বর্য্য (লন) পুম্নমক্লা, বল (পাঙল) পুম্নমক্লা, যশঃ (মিংচৎ) পুম্নমক্লা, শ্রী (ফজবা) পুম্নমক্লা, খঙবা (জ্ঞান) পুম্নমক্লা, অহুগা ত্যাগ (থাদোকপা) পুম্নমক্লা তিন্দুনা পূর্ণ (মপুঙফাবা) ওই। মাগী ঐশ্বর্য্যশিংগী শক্তক অমনা নির্বিশেষ (শক্লাইদবা) ব্রহ্ম ওইনা কোঙদোকই অহুগা ঐশ্বর্য্য শক্তক অমনা পরমাত্মা ওইনা কোঙদোকই। পরমেশ্বর ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণসিমক্কী পুরুষ রূপতি ভগবান্গী অহানবা পরমাত্মা রূপ অসিনি। প্রাকৃত সৃষ্টিগী মহুগুদা পুরুষ রূপ অহুম্লি। কারণোদকশায়ী বিষ্ণু হায়রবা রূপ অসিনা পুরুষ অহুমগী অহানবনি। অতৈ রূপশিংবু গর্ভোদকশায়ী বিষ্ণু অমসুং ক্ষীরোদকশায়ী বিষ্ণু হায়না খঙনৈ, মখোয়সিগী মরমদা ঐখোয় মথং মথং শঙকখিগনি। শীঙনাইদবা লৈপ্লিবা বিশ্ব ব্রহ্মাণ্ড-শিং অসে কারণোদকশায়ী বিষ্ণুসিগী ভুখোঙ ময়ামদগী থোরকপনি; অহুগা ব্রহ্মাণ্ড খুদিংগী মহুগুদা গর্ভোদকশায়ী বিষ্ণু ওইনা ভগবান্না চঙই।

প্রাকৃত জগৎসি মবক মরক্তা সৃষ্টি তৌরগা অমুক প্রলয় তৌশল্লি হায়না ভগবদ্গীতাদসু হায়রি। সৃষ্টি প্রলয়সি নিত্যবদ্ধ ( মতম পুম্বদা মায়ালাংদা থুববা ) জীবশিংগীদমক্তা ভগবান্গী ইচ্ছাদগী তৌরিবনি। নিত্যবদ্ধ জীবশিংগী অহঙ্কার (ঐ-ঐ হায়বা) পুকচেল অমা লৈ, তহঙ্কার-সিনা জীবশিংদা ভোগ তৌ তৌ হায়না য়াথং তাওথে। জীবশিংনা মখোয়গী স্বরূপ অওইবনদি ভোগশিংসে তৌবা ফংদে। ভগবান্তনা ভোক্তা (ভোগ তৌবা মহাক) হায়বহুনি অদুগা অতৈ পুম্ববু মহাক্না ভোগ তৌরিবনি। জীবশিংসে হান্নানা নমহৎলবা ভোক্তানি। তৌইগুম্বসুং নিত্যবদ্ধ ওইরবা জীবশিংনা মখোয়গী স্বরূপকী ( মশক্কী ) ফীভম কাউথিবনা ভোগ তৌবগী আশা কন্না তৌই। প্রাকৃত জগৎতা জড় পদার্থবু ( matter বু ) ভোগ তৌনবগী তাঙ্গাদো নিত্যবদ্ধ জীবশিংদা পীনবি। অদুগা লোয়ন লোয়ননা মখোয়গী অওইবা স্বরূপ খঙজনবগী তানজাসু পীবি। মপোক কয়ামুক্কী মতুংদা সত্যবু ( তত্ত্ব ) শক-খঙতুনা বাসুদেবগী খুয়াখাদা মশাবু কথোকচববা লাইবক ফবা জীবশিংনা নিত্যমুক্ত ওইববা জীবশিংগা তিন্নবা ফংজৈ, অদুদগী মখোয়বু ভগবান্গী ধামদা চঙহনবী। অসিগী মতুংদদি তসুন্না লাইবক যববা জীবশিংনা মরক মরক্তা তৌবিবা প্রাকৃত সৃষ্টিগী মনুঙদা অমুক হল্লক্তবা য়াবে। অদুবু মশাগী স্বরূপ অওইবা খঙদবশিংদি প্রাকৃত সৃষ্টিবু প্রলয় তৌবা মতমদা মহৎ-তত্ত্বদা অমুক লুপহল্লি। অদুদগী সৃষ্টি অমুক তৌরকপা মতমদা মহৎ-তত্ত্বসি অমুক থাদোকববকই। মহৎ-তত্ত্বসিদা প্রাকৃত শকউং পুম্নমক্কী মায়াবদ্ধ জীবশিংসু কোন্ননা য়াওই। মক ওইনা মহৎ-তত্ত্বসিবু শকক তবাতকক থোক্লা খায়দোকই, মখোয়দুদি অপৌবা ভূত মঙা, অদুগা থবক শুনবা খুৎলাই হায়বদি ইন্দ্রিয় তবামাথোই অসিনি। মহৎ তত্ত্বসি নোংদোনথক্তা পাইবা লৈচিন নোংযাইগুম্বনি। বৈকুণ্ঠগী আকাশদা ব্রহ্মগী মঙান মায়কৈ পুম্বদা শন্দোকই, মফম পুম্বা মঙানদুনা মীৎ থকুঙাই ওইনা ঙাল্লি। পাক চাওববা মপান নাইদবা বৈকুণ্ঠ আকাশগী কাচিন অমদা মহৎ-তত্ত্ব লৈবিবনি অদুগা মহৎ-তত্ত্বনা কৃপতুনা লৈবা বৈকুণ্ঠ আকাশগী শরূক অদুবু প্রাকৃত আকাশ কৌই। বৈকুণ্ঠ আকাশগী মহৎ-তত্ত্ব কৌবা শরূকসি বৈকুণ্ঠ আকাশ মপুমদুগী শরূক মচেৎ অমতনি অমসুং মহৎ-তত্ত্বসিগী মনুঙদা মশীঙ থীঙমদবা ব্রহ্মাণ্ডময়াম লৈ। হায়রিবা ব্রহ্মাণ্ডশিংসে পুল্লপ্না মহাবিষ্ণু হায়নসু কৌবা কাবণোদোকশায়ী বিষ্ণুনা পুথোকপনি; প্রাকৃত আকাশসিদা মহাবিষ্ণুনা মিৎয়েং তাদুনা গর্ভ পুহল্লি।

শ্লোক ২

**যস্যাম্ভসি শয়ানস্য যোগনিদ্রাং বিতন্বতঃ।**
**নাভিহ্রদাম্বুজাদাসীদ্‌ব্রহ্মা বিশ্বসৃজাম্পতি ॥ ২।**

শব্দার্থ

যস্য — মহাক্কী; অম্ভসি — ঈনুঙদা; শয়ানস্য—হিপ্লিবদুগী; যোগনিদ্রাম্ — ধ্যান তৌদুনা তুম্ববু; বিতন্বতঃ—শন্দোক্লিবদুগী; নাভি—খোয়দো; হ্রদ—পাৎতুদগী; অম্বুজাৎ—থম্বান্দগী; আসীৎ—লৈরম্মী; ব্রহ্মা—জীব পুম্নমক্কী মবুধৌ, বিশ্ব—ব্রহ্মাণ্ড; সৃজাম্—সৃষ্টি তৌবশিংগী; পতিঃ—মপু।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

**(ব্রহ্মাণ্ডগী মনুঙদা লৈবা) গর্ভোদক কৌবা ঈশীং মনুঙদা পুকৃষগী শকক অমা (অনীশুবা পুরুষগর্ভোদকশায়ী কৌবা অমা) হিপতুনা লৈ, মহাক্কী খোয়দো পাৎ অদুদগী থম্বাল-মউ অমা চোংথৎলকই, অদুগা মউথক্তা শাৎলিবা থম্বাল** লৈবাংদুদগী প্রজাপতিশিংগী **(Engineers)** পতি (মবুংঙো) ব্রহ্মা পোকখি।

## নৈনরোল

প্রথম পুরুষনা কারণোদকশায়ী বিষ্ণুনি। মহাক্কী তুখোংশিংদগী মশীঙ লাকঙমদবা ব্রহ্মাণ্ড ময়াম থোকখি। ব্রহ্মাণ্ড খুদিংদা পুরুষসিনা গর্ভোদকশায়ী বিষ্ণু ওইনা চঙঙী। গর্ভোদকশায়ী অসিনা মশাদগী থোরকপা ঈশীংনা থল্লবা ব্রহ্মাণ্ডগী শরুক তংখায়তুদা চেপতুনা লৈরি। গর্ভোদকশায়ী বিষ্ণুগী খোয়দোদগী ব্রহ্মাগী পোকফম থম্বালগী মউ অমা চোংখৎলকই। ব্রহ্মাসে জীব পুন্নমক্কী মপানি, অদুগা ব্রহ্মাণ্ড শেম্বদা শীজন্নরিবা দেবতা স্রষ্টা (demigod engineers) পুন্নমক্কী মপুনি (পতিনি)। থম্বালসিগী মউদা ভুবন (মরোল) তরামরী লৈ, অদুগা মর্ত্যলোক অসিনা মউগী ময়ায় থিগাঙদা লৈ। মতুগী মথক্তা হেন্না ফবা ভুবন মরোল লৈ। খ্বাইদগী রাংবা মতোন্দা লৈবা লোক অদুবু ব্রহ্মলোক নৎত্রগা সত্যলোক কৌই। মর্ত্যলোকসিগী মখায়োম থংবা লোকশিংদনা অসুরশিংনা অমদি মখোয়গুম্বা সংসারদা লূপ্লবা জীব অতৈশিংনা লৈ।

গর্ভোদকশায়ী বিষ্ণুদগী ক্ষীরোদকশায়ী বিষ্ণু (অহুমশুবা পূরুষ অবতার) থোরকই। ক্ষীরোদকশায়ী বিষ্ণুসি জীব পুন্নমক্কী অপুনবা পরমাত্মানি। মহাকপু হরি কৌই, অদুগা মতোন্দগী ব্রহ্মাণ্ডগী মনুংদা তৌরকপা অবতার পুন্নমক থোরকপনি।

মরমতুনা মসিগী রারোইদি অসিনি—পুরুষ অবতার হায়রিবসে শক্তম অহুম্নি—অহানবদা, মহৎতত্ত্বদা ভূত মঙাগী মপূম শারকপা কারণোদকশায়ী, অনীশুবনা ব্রহ্মাণ্ড খুদিংমক্কী মনুংদা চংতুনা লৈবা গর্ভোদকশায়ী, অদুগা অহুমশুবনা অরেঙ লেঙদা মখল অনীগী প্রাকৃত বস্তু (পোৎ) খুদিংমক্তা লৈবা পরমাত্মা। পরমেশ্বর ভগবান্গী অংশ-কলাগী রারোলসি খঙবা মী অমনা পরমেশ্বর ভগবান্বু খঙজে অদুগা খঙলিবা মীদো প্রকৃতিগী ফীভম ওইরিবা পোকপা-শিবা হন্নবা-অনায়েক অসিদগী লাম্থোকই। রাফমসি ভগবদ্গীতানসু য়ারিবনি। নৈনরিবা শ্লোকসিদা মহাবিষ্ণুগী বিষয়তু শম্পৎনা হায়রিবনি। মহাবিষ্ণুনা বৈকুণ্ঠ আকাশগী মচী অমদা মাগী নীঙবা মতুং ইন্না চেপ্তুনা লৈ। মতৌ অসুম্না মহাক 'কারণ' সমুদ্রদা চেপ্লী, মতুদগী মহাক্না মীহাক্কী অপরা প্রকৃতিদা য়েংথরকই অদুগা মহৎ-তত্ত্বতু খুদক্তা থোরকই। ভগবান্গী শক্তিনা হাপ্তল্লরবা অদুদা প্রকৃতিনা মশীঙ লাকঙমদবা বিশ্বব্রহ্মাণ্ডশিংবু উপাম্বী অমনা মাগী মতম য়োরবদা মশাগী উহৈনা লৈতেংবগুম সৃষ্টি তৌই। উপাম্বীগী মরু অদু উ- থাবা মী অমনা হুল্লী অদুগা উপাম্বী নৎত্রগা উরীতুনা মতম য়োরবদা উহৈশিংনা লৈতেংতুনা ঙাম্থোইরকই। থোরকফম অমা লৈতনা করিগুম্বা অমা থোরকপা য়াদে। মরমসিনা 'কারণ' সমুদ্রবু থোরকফম ঈপাক (Causal Ocean) কৌরিবনি। 'কারণ' শব্দগী অর্থদি 'থোরকফম মরম' হায়বনি। নাস্তিকশিংগী (লাই অমদি শাস্ত্রশিংবু থাজদবা মীতাশিংগী) লৈশেমলোন অদু ইপঙ পঙনা লৌগদবা নত্তে। নাস্তিকশিংগী মত অদু ভগবদ্গীতাদা পীরি। নাস্তিকনা সৃষ্টি (লৈশেম্বা মপু) অমা লৈ হায়বা থাজদে, অদুগা সৃষ্টি করম্না তৌই হায়বগী চৎনবা য়াবা রারোলদি পুথোকপা ঙমদে। প্রকৃতিনা পুরুষগী শক্তি য়াওদ্রবদা সৃষ্টি তৌবগী শক্তি চেন্দে, মতুনি প্রকৃতিনা হায়বদি নুপী অমনা পুরুষ (নুপা) অমগা শম্নদ্রবদি মচা পোকপা ঙমদবগুম্বনি। পুরুষনা গর্ভধান (গর্ভদা হানজনবা) তৌরগা প্রকৃতিনা (মচা) পোকপনি। হামেঙগী খোম মানবা মথাদগী ঐখোয় খোম শুম্বা ঙমদে। মতৌ অদুগুম্না প্রাকৃত মহাভূতশিংদগী সৃজনি শক্তি (সৃষ্টি তৌবগী শক্তি) আশা তৌরুবা য়াদে। প্রকৃতিদা গর্ভধান তৌরিবা পুরুষগী শক্তিদো ঐখোয় লেপ্নমক থাজগদবনি। ভগবান্না যোগনিদ্রাদা চেপনীংঙকপা মরম্না প্রাকৃত শক্তিনা খুদক্তা শীঙনাইদবা ব্রহ্মাণ্ড ময়াম সৃষ্টি তৌখিদনি; অদুগা মখোয় খুদিংমক্তা ভগবান্না চেপলম্মী, মতৌ অসুম্না

ভগবান্‌গী ইচ্ছানা খুদক্কা লোক পুম্নমক অদুগা মথল মথাগী পোৎলম পুম্নবু সৃষ্টি তৌখি। ভগবান্‌গী অসীম (ওমথৈ নাইদবা) শক্তি ময়াম লৈ। মতৌ অসুম ওইবনা, মহাক মশামক্কা করিমতা তৌত্রবসু, শোইনাইদবা থৌরম থৌশীল্লা ভগবান্‌না নীওক মীওওকপদু তৌবা ওম্মী। কনামতনা মওোন্দগী হেনবসু ওমদে অদুগা মহাক্কা মান্নবসু ওমদে। বেদগী মততি অদুনি।

শ্লোক ৩

**যস্যাবয়বসংস্থানৈঃ কল্পিতো লোকবিস্তরঃ।**
**তদ্বৈ ভগবতো রূপং বিশুদ্ধং সত্ত্বমূর্জিতম্ ॥ ৩॥**

শব্দার্থ

যস্য—মহাক্কী; অবয়ব—হকচাঙ শাগৎলকপা, সংস্থানৈঃ—লৈবা; কল্পিতঃ—খন্নে, থাজনৈ; লোক—গ্রহ-উপগ্রহশিং; বিস্তরঃ—মথল মথা, তৎ-বৈ—অদুবু মদুদি; ভগবতঃ—পরমেশ্বর ভগবান্‌গী; রূপম্—মূর্ত্তি; বিশুদ্ধম্—বজনচিংবা য়াওদবমথৈ পুমশেং শেংবা, সত্ত্বম্—সত্ত্ব ওইবা; উর্জিতম্—পুমহেন হেনবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

লোক পুম্নমক পুরুষগী দেহমুংদা লৈ হায়না থাজনৈ, অদুবু মওোন্দগী থোকখিবা প্রাকৃত প্রপঞ্চ (মহাভূত মওা) অদুগা মহাক্কা করিসু মরী লৈনদে। মহাক্কী হকচাওদি মতম পুম্নদা সত্ত্ব ওাক্তনা ওইবা অদুগা অতৈদগী পুওহেন হেনবনি।

নৈনবোল

পরতত্ত্ব ভগবান্‌গী বিরাটরূপ হায়বদি বিশ্বরূপ পুথোকপগী থোইদোকপা মরমদি পরমেশ্বর ভগবান্‌গী সত্ত্বরূপ অদুবু বুদ্ধিনা লাম্বা ক্ষংদবা অনৌবা সাধকশিংগীদমক্তনি। অসিগুম্বা সাধকশিংনা খনবদি রূপ (মওং) হায়রগা প্রাকৃত জগৎকী পোৎ অমবুনি হায়না লৌই। মরমদুনা পরতত্ত্বগী শক্তিবিস্তারদা (শন্দোরকপদুদা) পুক্নীং থিংজিনবা য়াননবা পরতত্ত্বগী রূপ অদু ওন্নতৈনবা অমা পুথোকপা তাবনি। মথক্তা নৈনপ্রবদুনি, ভগবান্‌না মহাক্কী শক্তিবু মহৎতত্ত্বগী মওংদা শন্দোরকই, অদুগা মহৎ-তত্ত্ব প্রাকৃত ভূত পুম্নমক য়াওরে। ভগবান্না মাগী শক্তি বিস্তার তৌবগা ভগবান্ মশামক্কা অর্থ অমরোমদা ভামতনি, অদুবু মতম অমতদা মহৎতত্ত্বগা ভগবান্‌গা খেন্নে। মরমসিনা ভগবান্‌গী শক্তিগা ভগবান্‌গা মতম অমতদা খেন্নে অমসুং খেন্নদে। বিরাট রূপসে নির্ব্বিশেষবাদীশিংগী মকমদদি ভগবান্‌গী লেওদবা রূপকা খেন্নদে। ভগবান্‌গী (লেওদবা) রূপসিদি মহৎ-তত্ত্ব পুথোক্তিঁ্রৈদগী লৈরবনি। অদুনা নৈনরিবা শ্লোকসিদা কক্সা হায়রিবদি ভগবান্‌গী নিত্য রূপ অদুদি খ্বাইদগী পুমহেন হেন্না দিব্য রূপ ওইবা হায়বদি প্রাকৃত গুণশিংগী ৱাংমদা লৈবনি। হায়রিবা ভগবান্‌গী দিব্যরূপসিমক মহাক্কী অন্তরঙ্গ শক্তিনা উৎপনি, অদুগা মহাক্কী মথল মথাগী অবতারশিং পুথোকপদি মহৎ-তত্ত্বগী মরী অমতা য়াওদবমথৈ মতম পুম্নমক্তা প্রাকৃত নত্তবা গুণগী ওাক্তনি।

শ্লোক ৪

**পশ্যন্ত্যদঃ রূপমদভ্রচক্ষুষা সহস্রপাদোরুভুজাননাদ্ভুতম্।**
**সহস্রমূর্দ্ধশ্রবণাক্ষিনাসিকং সহস্রমৌল্যম্বরকুণ্ডলোল্লসৎ ॥ ৪ ॥**

### শব্দার্থ

পসন্তি—উই; অদঃ—পুরুষগী রূপতো; রূপম্—মূর্তি; অদভ্র—শোইনাইদ্রবা; চক্ষুষা—মীৎনা; সহস্র-পাদ—খোঙ লীশিঙ লীশিঙ; উরু—ফৈগল; ভুজ-আনন—পাম্বোম অমসুং মাইথোঙ; অদ্ভুতম্—ঙকনঙাই ওইবা; সহস্র—লীশিঙ লীশিঙ; মূর্দ্ধা—কোক; শ্রবণ—নাকোঙ; অক্ষি—মীৎ; নাসিকম্—নাতোন; সহস্র—লীশিঙ লীশিঙ; মৌলি—লৈ পরেং; অম্বর—ফী; কুণ্ডল—নাইন; উল্লসৎ—লংত্রিক লংঙী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শোইনাইদবা মীৎ পাল্লবা ভক্তশিংনা অঙকপগী মশক ওইবা খোঙ, ফৈগল, পাম্বোম অমসুং মাইথোঙ লীশিঙ লীশিঙ পানবা পুরুষগী দিব্য রূপ অদুবু উই। মহাক্কী দেহতুদা কোক, নাকোঙ মীৎ অমসুং নাতোন লীশিঙ লীশিঙ পাল্লি। মখোয়দো মুকুট, কুণ্ডল-নাইন লংত্রিক লংবা লীশিঙ লীশিঙনা লৈতেংঙি অমসুং লৈ পরেংনসু লৈতেংঙি।

### নৈনবোল

ঐখোয়গী হৌজিক লৈবিবা প্রাকৃত ইন্দ্রিয়শিংগী মতেংনা দিব্য রূপ ভগবান্‌গী করিগুম্বা অমতবু উপলব্ধি তৌবা য়ারোই। ঐখোয়গী হৌজিক লৈরিবা ইন্দ্রিয়শিং ভক্তিযোগনা চুমথোকপা তাই, অদুতদা ভগবান মশামক ঐখোয়গী মাঙদা চোংথোরক্কনি (আবির্ভূত ওইগনি)। দিব্যরূপ ভগবান্‌বু তশেংবা (বিশুদ্ধ) ভক্তিতনা অনুভব তৌবা য়াই হায়বসে ভগবদ্গীতানসু হায়রি। মরমদুনা ভক্তিতনা জীববু ভগবান্‌গী নাক্তা পুদুনা চৎলি হায়রিবসে। অদুগা ভক্তিতনা ভগবান্‌বু প্রকট ওইহল্লি হায়বসে বেদশিংনসু হায়রিবনি। ভক্তি কৌবা মচুনা তৈরবা মীৎ-পানবা ভক্তশিংনা ভগবান্‌বু মতম পুম্বদা উই হায়বসে ব্রহ্মসংহিতাদসু হায়বি। মরমদুনা ঐখোয়না ভক্তি কৌবা মচুনা তৈরবা শোইনাইদবা মীৎনা ভগবান্‌বু সাক্ষাৎ ওইনা উরবা মীতাশিংগী মফমদগী ভগবান্‌গী দিব্যরূপ অদুগী পাও লৌগদবনি। প্রাকৃত জগৎসিদসু ঐখোয়গী ইমিংনা মতম পুম্বদা উদবা পোৎ য়াওরি, করিগুম্বা মতমদা ঐখোয়না মমিংমক্তা উরুবা নত্রগা মখুৎমক্তা তৌরুরবা মীতানা উরুবদগী উবা খঙবা য়াওই। প্রাকৃত জগৎকী পোৎশক খঙবা ক্লাওবা অদুম তৌরিবনিনা হায়রিবা মতৌদো প্রাকৃত নত্তবা পোত্তা খঙবগী মতাঙদসু চৎনবা তারে। মরমদুনা অখাঙ কন্না হোৎনবা তত্ত্রগদা ঐখোয়না পরতত্ত্ব ভগবান্‌গী অমসুং মাগী মথল মখা য়াল্লিবা রূপশিংগী মরম খঙবা ঙম্লক্কনি। অনৌবা সাধকশিংগী মফমদা মহাক নিরাকারনি (শক্লাইদবনি), অদুবু অখঙবা ভক্তসেবক অমগী মফমদদি মহাক্কী দিব্য রূপ উহল্লি।

### শ্লোক ৫

**এতন্নানাবতারাণাং নিধানং বীজমব্যয়ম্।**
**যস্যাংশাংশেন সৃজ্যন্তে দেবতির্য্যঙ্‌নরাদয়ঃ ॥ ৫॥**

### শব্দার্থ

এতৎ—(রূপ) অসি; নানা—মথল মখা; অবতারাণাম্—অবতারশিংগী; নিধানম্—তুঙফম, থোরকফম; বীজম্—মক্ক; অব্যয়ম্—মাঙ-তাকপা লৈত্রবা, হোংবা নাইদবা; যস্য—মহাক্কী; অংশ—

শরুক;; অংশেন—অংশগী অংশনা; সৃজ্যন্তে—সৃষ্টি তৌই; দেব—দেবতাশিং (লাইমচাশিং); তির্য্যক্—অতোনবা শা-ডাশিং; নরাদয়ঃ—মীওইবনচিংবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(অনীশুবা পুরুষগী) রূপ অসি অবতার মখল মখা অয়াম্বগী থোরকফম অমদি মাঙ-তাকপা-নাইদবা বীজনি (মরূনি)। রূপসিগী অংশ অমদি অংশগী অংশদগী মী, লাই, শা-ডানচিংবা জীব পূম্নমক সৃষ্টি তৌবনি (শারকপনি)।

নৈনরোল

প্রথম পুরুষনা মহৎ-তত্ত্বগী মনুঙদা মশীঙ লাকঙমদবা বিশ্বব্রহ্মাণ্ড ময়াম সৃষ্টি তৌরগা মখোয় খুদিংগী মনুঙদা দ্বিতীয় (অনীশুবা) পুরুষ গর্ভোদকশায়ী বিষ্ণু ওইনা চঙডী। ব্রহ্মাণ্ডগী মনুঙদো পুম্নম মমলগা ইহাঙ হাঙনা লৈবা অদুগা পোথাফম অমফাওবা লৈতবদু উরকপা মতমদা মহাক্না মহাক্কী মশাদগী থোরকপা হূমাঙনা ব্রহ্মাণ্ডগী শরুক তম্থায় অমা থলহল্লে অদুগা ঈশীং মথক্তা চেপ্লম্মী। ঈশীং অসিবু গর্ভোদক (পীবুকনুংগী ঈশীং) কৌরি। অদুদগী মহাক্কী খোয়দোদগী থম্বালগী মউ অমা চোংথংলক্লে, অদুগা থম্বালগী লৈনাথক্তা প্রজাপতিশিংগী মপু (Master Engineer of the universal plan) ব্রহ্মা পোকখি। ব্রহ্মানা বিশ্বব্রহ্মাণ্ডগী সৃষ্টিকর্ত্তা (Engineer of the universe) ওইরে, ভগবান্ মশামক্তা বিষ্ণু ওইনা ব্রহ্মাণ্ডবু পালন তৌবগী থবক পায়। ব্রহ্মানা প্রকৃতিগী রজঃ গুণদগী পোকপনি অদুগা বিষ্ণুনা সত্ত্বগুণগী মবুংঙো ওইরে। বিষ্ণু গুণ পুম্নমক্কী রাংমদা লৈবনা প্রাকৃত মায়াদগী তোঙান তাই। রাফমসি হায়নবা নৈনগ্রে। ব্রহ্মাদগী রুদ্র (শিব) লৈরে। রুদ্রদি তমঃ গুণগী মপুনি। ভগবান্গী ইচ্ছা লাক্লবা মতমদা রুদ্রনা সৃষ্টি পুম্নবু প্রলয় তৌই। মরমসিনা অহুম্মক হায়বদি ব্রহ্মা, বিষ্ণু, অদুগা শিবসে গর্ভোদকশায়ী বিষ্ণুগী অবতারনি (শায়োন্নি)। ব্রহ্মাদগী দক্ষ, মরীচি, অমসুং মনুনচিংবা অতৈ কয়ামা ব্রহ্মাণ্ডগী মনুঙদা জীব পোকহন্নবা পোক্লকখি। গর্ভোদকশায়ী বিষ্ণুবু বেদশিংদা য়াওবা 'বেদাস্তুতি'দা স্তুতি তৌই। স্তুতিদু হৌবদা ভগবান্বু কোক লীশীঙ লোঙবা হায়বদুনা হৌই। গর্ভোদকশায়ী বিষ্ণুসে ব্রহ্মাণ্ডগী মবুংঙোনি, অদুগা ব্রহ্মাণ্ডগী মনুঙদা লৈরবসু মহাক মতম পুম্বদা অপ্রাকৃতনি (প্রাকৃত গুণগী রাংমদনি)। রাফমসিসু হায়নবা নৈনগ্রবনি। গর্ভোদকশায়ী বিষ্ণুগী অংশ ওইবা বিষ্ণুদুদি ব্রহ্মাণ্ডগী জীবশিংগী পরমাত্মানি, মহাক ব্রহ্মাণ্ডগী পালন-কর্ত্তা ক্ষীরোদকশায়ী বিষ্ণুনি। আদি পুরুষগী মওং অহুমসু মতো অসুম্না খঙনৈ। ব্রহ্মাণ্ডসিদা ওইরিবা অবতার পুম্নমক ক্ষীরোদকশায়ী বিষ্ণুদগী থোরকপা ডাক্লি। তোঙান তোঙানবা যুগশিংদা তোঙান তোঙানবা অবতার তৌখি। মখোয়গী মশীঙদি থীঙমদবনি; মখোয়দুগী খরদি ময়ামগা মান্নদে, মখোয়দুদি মৎস্য, কূর্ম্ম, বরাহ, রাম, নৃসিংহ, বামন অসিনচিংবনি। অবতারশিংসিবু লীলা অবতার হায়না কৌয়ি। অদুদগী অমুক গুণ অবতার হায়বসু লৈরি, মখোয়দুদি ব্রহ্মা, বিষ্ণু অমদি শিব (নত্রগা রুদ্র) অহুমসিনি; মখোয় প্রকৃতিগী গুণ অহুমগী মপু ওই।

ভগবান্ বিষ্ণুসে পরমেশ্বর ভগবান্গা করিমতা খেন্নদে। ভগবান্ শিবনা পরমেশ্বর ভগবান্গা জীবশিংগা অনীগী মরক্তা লৈবা তটস্থ (তোর্ব্বান্তাবা) হায়বদুনি। ব্রহ্মাসে মতম পুম্বদা জীবতত্ত্বনি। খ্বাইদগী হেন্না পুণ্য চেনবা জীব নত্রগা পরমেশ্বর ভগবান্গী ভক্ত অথোয়বদা ভগবান্গী সৃষ্টি তৌনবা

(লৈশেন্না) শক্তিদো হাপচিল্লি; অদুগুম্না জীববু ব্রহ্মা কৌই। ব্রহ্মাগী শক্তিসে সূর্য্যদেব মুমিত্তুগী থোকখিবা মঙাল রত্ন মুঙগী মনুঙদা চঙদুনা লৈবগুম্বদুনি। ব্রহ্মাগী কম অসি পায়বিনবা মতীক চাবা জীব লৈতবা মতমদা ভগবান্ মশামক্না ব্রহ্মা অমা ওই অদুগা ফমদুগী থবক তৌই।

ভগবান্ শিবসে অচম্বা জীব নত্তে। মহাক পরমেশ্বর ভগবান্গী অংশনি, অদুবু মহাক্না অপরা প্রকৃতিগা শম্নবা মরম্না ভগবান্ বিষ্ণুগুম্না নিগু'ণ (প্রাকৃত গুণগী রাংমদ। লৈবা) নত্তে। মখোয় অনিগী খেন্নবসি শঙ্গোমগা অফম্বা শঙ্গোমগা (দধিগা) খেন্নবগুম্বনি। দধিসি শঙ্গোম নত্তনা অতৈ কবিস্নু নত্তে, অদুম ওইনমক মসিবু শঙ্গোমগী মহুৎ শিন্দুনা শীজিন্নবা য়াদে।

থংনবা অবতারশিংদি মনু ময়াম্নি। ব্রহ্মাগী পুন্সিগী নোংমগী মনুঙদা মনু তরামরিনি। (ব্রহ্মাগী নোংমদি সৌরবর্ষগী মান-দা) (মচাঙদা) চহী ৪,৩০০,০০০ × ১,০০০ = ৪,৩০০,০০০,০০০ নি। মরম অদুনা ব্রহ্মাগী থা অমদা মনু ৪২০ খক্লি অদুগা ব্রহ্মাগী চহি অমগী মনুঙদা মনু ৫০৪০ খক্লি। ব্রহ্মা মাগী চহিগী মতুং ইন্না চহী ১০০ নি। মরমদুনা ব্রহ্মাগী মপুন্সি অমদা মনু ৫০৪০ × ১০০ = ৫০৪,০০০ থক লৈ। ব্রহ্মাণ্ড মশিং লাকঙমদবমখে লৈ; মখোয় পূম্বদো পুরুষ বিষ্ণুগী শ্বর হোনবা খূদিংগী মতমনুংদা সৃষ্টি অমূকমূক প্রলয় অমূকমূক তৌই। অদুনদি পুরুষ বিষ্ণু অদুগী শ্বর হোন্বা অমূক্কী মনুঙদা মনু লক্ষ কয়া য়াম্বগে হায়বদো রাখলনা শাগৎলো।

ঐখোয়গী ব্রহ্মাণ্ডসিদা শীঙথানঙাই ওইবা মনুশিংদি মখাদা পল্লিবসিনিঃ—স্বায়ম্ভুব মনু ওইনা যজ্ঞ, স্বারোচিষা মনু ওইনা বিভু; উত্তম্ মনু ওইনা সত্যসেন, তামস মনু ওইনা হরি, রৈবত মনু ওইনা বৈকুণ্ঠ, চাক্ষুষ মনু ওইনা অজিত, বৈবস্বত মনু ওইনা বামন (হৌজিক্কী যুগসে বৈস্বত মনুগী মনুংদনি), সাবর্ণি মনু ওইনা সার্বভৌম, দক্ষ সাবর্ণি মনু ওইনা ঋষভ, ব্রহ্মসাবর্ণি মনু ওইনা বিশ্বক্সেন, ধর্ম্মসাবর্ণি মনু ওইনা ধর্ম্মসেতু, রুদ্রসাবর্ণি মনু ওইনা সুধামা, দেবসাবর্ণি মনু ওইনা যোগেশ্বর অদুগা ইন্দ্রসাবর্ণি মনু ওইনা বৃহদ্ভানু। মখোয়সি মথক্তা হায়খিবগুম্না সৌরবর্ষ ৪,৩০০,০০০,০০০ চুপ্পা পাল্লম্বা মনু ১৪ গী মমিংনি।

অদুদগী অমুক যুগ অবতার হায়বদি যুগ অমমমদা তৌবা অবতার হায়বস্নু লৈ। যুগশিংসে সত্য-যুগ, ত্রেতা-যুগ, দ্বাপর-যুগ, অমসুং কলি-যুগ হায়না খঙনৈ। যুগ খূদিংগী অবতারশিংগী কুচু তোঙাল তোঙাল্লি। বর্ণশিংদুদি অঙৌবা, অঙাংবা, অমুবা অদুগা নাপু মরিসিনি। দ্বাপর যুগতা ভগবান্ কৃষ্ণনা অমুবা বর্ণদা অবতার তৌখি অদুগা কলি যুগতা ভগবান্ চৈতন্যনা নাপু বর্ণদা অবতার তৌখি।

অদুনা ভগবান্গী অবতার লোইনমক লাইতাক (অপৌরুষেয়) শাস্ত্রশিংদা পল্লি। কনাগুম্বা ঠৌকচাও অমনা অবতার ওইবগী মরম ইরৈ লৈতে মরমদি অবতারদি শাস্ত্রশিংদা পনগদবনি। অবতার অমনা মশাবু ভগবান্গী অবতারনি হায়না লাউথোক্কে। লাইতাক শাস্ত্রদা হায়বা খূদমশিং (লক্ষণশিং) য়েংলগা মহর্ষিশিংনা অবতারনি হায়না য়ানৈ। অবতারদুগী লক্ষণশিংসে অদুগা অবতার অদুনা পাঙথোক্কদবা থোইদোকপা উদ্দেশ্য অদুনে অপৌরুষেয় শাস্ত্রশিংদা পল্লি।

মশামক্না ওইরকপা অবতার নত্তবা শক্তি হাপ্পা অবতারস্নু মশীঙ লাকৎমদনা লৈ। মখোয়শিংস্নু লাইতাক শাস্ত্রশিংদা পল্লি। অসিগুম্বা অবতারশিংসে হকথেংননা শক্তি হাপ্পা নত্রগা নাকোইননা শক্তি হাপ্পা মখল অনি থোকই। হকথেংননা শক্তি হাপ্পা অবতারশিংবু অবতার হায়না কৌই অদুগা নাকোইননা শক্তি হাপখিবা অবতারশিংবু বিভূতি কৌই। হকথেংননা শক্তি হাপ্পবা অবতারশিংদি

কুমারশিং, নারদ, পৃথু, শেষ, অনন্ত-নচিংবনি। বিভূতিশিংগী মতাংদদি ভগবদ্গীতাগী বিভূতি-যোগ কৌবা অধ্যায়দা ইফোং যোংনা য়াওরে। অবতার মথল পুম্নমকসিগী থোরকফম মকদি গর্ভোদ-কশায়ী বিষ্ণুনি।

শ্লোক ৬

**স এব প্রথমং দেবঃ কৌমারং সর্গমাশ্রিতঃ।**
**চচার দুশ্চরং ব্রহ্মা ব্রহ্মচর্যমখণ্ডিতম্ ॥ ৬॥**

শব্দার্থ

সঃ—মহাক্রা; এব—লেপ্পমক; প্রথম্—অহানবা; দেবঃ—পরমেশ্বর ভগবান্না; কৌমারম্—কুমার মরি (লুহোংদ্রিবা); সর্গম্—সৃষ্টি, অবতার; আশ্রিতঃ—মথা পোল্লবা; চচার—চৎলম্মী; দুশ্চরম্—চৎপদা রানগাই ওইবা; ব্রহ্মা—ব্রহ্মানা; ব্রহ্মচর্যম্—ব্রহ্মচর্যাব্রত; অখণ্ডিতম্—অতেক-অকায় য়াওদবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ইহান হানবদা সৃষ্টি হৌগৎলকপদা ব্রহ্মাগী লুহোংদবা মচানুপা মরি (কুমারশিং) পোকখি। মখোয়দুনা তত্ত্বা ব্রহ্মচর্য্য চৎতুনা পরতত্ত্ববু উপলব্ধি তৌনবগীদমক অকনবা তপ তৌখি।

নৈনরোল

প্রাকৃত জগৎকি সৃষ্টি, পালন, অমদি প্রলয়সে মরক মরক্তা থোকই। মরমদুনা সৃষ্টি কালদা পোক্লিবা জীবশিংগী মপা ওইবা ব্রহ্মা জাত্তা জাত্তাদুগী মতুংইন্না সৃষ্টিশিংগী মিং তোঙান তোঙানবা লৈ। মথক্তা পনখিবা কুমারশিংদো প্রাকৃত জগৎকী কৌমার সৃষ্টিদা অবতার তৌখিবনি, অদুগা ঐখোয়দা ব্রহ্ম উপলব্ধি (ব্রহ্ম ফংবা) তাকপীগে হায়দুনা ব্রহ্মচর্য্যব্রত চৎতুনা অকনবা তপ তৌখি। কুমার-শিংসে ভগবান্গী শক্তি হাপ্পবা অবতার ওয়াক্লি। অকনবা তপ তৌদ্রিঙৈগী মমাংদা মখোয় লোয়ন-মক মতীক চাবা ব্রাহ্মণ ওইরম্মী। খুদমসিনা তাক্লিবদি—অহানবদা ব্রাহ্মণ ওইনা পোকপদা নত্তনা গুণগী মায়কৈদা য়েংলবসু ব্রাহ্মণ ওইবা অদুগুম্বা ব্রাহ্মণগী গুণশিংদু চেনগদবনি, অদুদগী ব্রহ্মবু উপলব্ধি তৌনবা তপ তৌগদবনি।

শ্লোক ৭

**দ্বিতীয়ং তু ভবায়াস্য রসাতলগতাং মহীম্।**
**উদ্ধরিষ্যন্নুপাদত্ত যজ্ঞেশঃ সৌকরং বপুঃ ॥ ৭॥**

শব্দার্থ

দ্বিতীয়ম্—অনীশুবা; তু—অদুবু; ভবায়—য়াইফনবগীদমক; অস্য—অসিগী (পৃথিবীসিগী); রসাতল—মথা ইথং থংবা মরোল (লোক); গতাম্—চৎপ্রবী; (রসাতলগতাম্—রসাতল য়োপ্রবী;) মহীম্—পৃথিবীবু; উদ্ধরিষ্যন্—লৌখৎতুনা; উপাদত্ত—লৌরম্মী; যজ্ঞেশঃ—যজ্ঞগী ভোগ তৌরিবা মপু; সৌকরম্—ওক্টী; বপুঃ—রূপ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

যজ্ঞ পুম্নমকপু ভোগ তৌরিবা বিষ্ণুনা ওক্কী শায়োন (অনীশুবা অবতাব) লৌখি, অদুগা পৃথিবীগী য়াইফনবা হায়দুনা মহাক্না ব্রহ্মাণ্ডগী খা-ইথং থংবা লোক রসাতল দগী পৃথিবীবু লৌথংখি।

### নৈনবোল

পবমেশ্বর ভগবান্গী অবতার খুদিংমক্কী মহাক্না তৌবিবা থোইদোকপা থবক অদুম্ন পন্দুন। লৈ হায়বসি উংলি। থোইদোকপা থবক অমা লৈতনা অবতার অমতা তৌদে অদুগা অদুগুম্বা থবকশিংদো অচম্বা নত্তে। থবকশিংদো মীচম অমনা তৌবদি ওইথোক্তে। ওক্কী শায়োন্দু থুনাম-নাঙৈনা থল্লবা বসাতলদগী পৃথিবীবু লৌথংনবগীনি। অমোংপা মযমদগী পোং লৌথংপা হায়বসি ওক্কী থবক্নি। সর্ব্ব-শক্তিমান্ (শক্তি পুম্বা চেল্লিবা) পবমেশ্বর ভগবান্না অঙকপসি অম্নরশিংদা উংলম্মী। অম্নরশিংনা পৃথিবীবু অমোংপা লমদমদা লোৎলম্বনি। পবমেশ্বব ভগবান্না তৌবদা ওইথোক্তবা অমতা লৈতে। মহাক্না ওক ওইনা লীলা শান্নবম্নবসু মাগী ভক্তশিংনা সত্বদা মতম পুম্বদা লৈরিবা মহাকপু ঈড়াংলি।

### শ্লোক ৮

**তৃতীয়মৃষিসর্গং বৈ দেবর্ষিত্বমুপেত্য সঃ।**
**তন্ত্রং সাত্বতমাচষ্ট নৈষ্কর্ম্যং কর্ম্মণাং যতঃ॥ ৮॥**

### শব্দার্থ

তৃতীয়ম্—অহুমশুবা অমা, ঋষি-সর্গম্—ঋষিযুগ; বৈ—লেপ্পমক; দেবর্ষিত্বম্—দেবতাশিংগী মবক্তা ঋষি অবতাব; উপেত্য—লৌদুনা; সঃ—মহাক্না, তন্ত্রম্—বেদগী ব্যাখ্যা; সাত্বতম্—ভক্তিগীদমক ওইবা, আচষ্ট—খোমজিল্লম্মী, নৈষ্কর্ম্যম্—ফল-পামদবা; কর্ম্মণাম্—থবক্কী; যত—মদুদগী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ঋষিশিংগী যুগতা পবমেশ্বব ভগবান্না দেবশিংগী মবক্তা ঋষি অচৌবা ওইবিবা দেবর্ষি নাবদগী রূপ-তা অহুমশুবা শক্তি-ফংবা অবতাব ওইখি। ভক্তি যোগগী রানৈনবা অদুগা ফল পামদবা থবক্কী পাউত্তাক পীবা তন্ত্র (বেদগী ব্যাখ্যা পঞ্চরাত্র কৌবা আগম) অদু মহাক্না খোমজিনখি।

### নৈনবোল

পবমেশ্বর ভগবান্গী শক্তি হাপ্পবা অবতাব মহর্ষি নাবদনা ভক্তিযোগ ব্রহ্মাণ্ড পুম্বদা শন্দোকখি। ঐখোয়গী ব্রহ্মাণ্ড পুম্বদা অদুগা লোক অতৈ পুম্বদা মপোক মখল পুম্নমক্তা লৈরিবা ভগবান্গী অচৌবা ভক্তমখৈ নারদ মুনিগী শিষ্য ওান্নি। শ্রীমদ্ভাগবতম্গী গ্রন্থকর্ত্তা শ্রীলব্যাসদেবসু মহাক্কী শিষ্য অমনি। বেদশিংগী ব্যাখ্যা ওইবা থোইদোক হেন্দোকপা ভগবদ্ভক্তিগী রা ইনবা নারদ পঞ্চরাত্র হায়বা লাইরিক্তু লেংবনি নারদ মুনিসে। কর্ম্মীশিংবু (ফল পামদুনা থবক তৌবা মীবু) নারদ পঞ্চরাত্রনা কর্ম্মনা পুনবদগী লাম্বোক্নবা তম্বী। মায়া লাংদা থুবৰা জীবশিংবু ফল পাম্বা কর্ম্মনা অন্নাম্বা চিংজিং, মরমদি মখোয়না মবম্নাই হুমাং মমল ওইনা পুন্সি ভোগ তৌবা পাম্মী। ব্রহ্মাণ্ড পুম্নসি মপোক জান্তা পুম্নমক্তা ফল পাম্বা কর্ম্মীনা বিক থল্লি। শেল থুম চাওথংনবগী থৌরাং পুম্নমক্তু ফল পাম্বগী থবকশিংগী মদুং চল্লি।

অদুবু প্রকৃতিগী নিয়মনা থবক খুদিংগী ফল লৈগদবনি হায়না লেপ্পি অদুগা থবক তৌরিবা মীদুবু ফল-শিংনা অফববু ওইরবসু ফত্তববু ওইববসু পুল্লি। অফবা কর্ম্মগী ফলদি লম্ব,ম হেন্না চাওখৎপা অদুগা ফত্তবা থবক্কী ফলদি লম্ব,ম রাৎপগী অরাবা অনংবা ফংবনি। অদুবু প্রাকৃত দশাশিংদি (ফীভমশিংদি) মুংঙাইরে হায়রবদুদসু নৎত্রগা রাবে মুংঙাইত্রে হায়বিবদুদসু মমৈদ মমৈদদি অরাবগী ভাক্তনি। অপঙবা সংসারীশিংনা মায়াগী মখা পোন্দবা ফীভমদা নিত্য (মতম পুম্বদা লেঙদবা) আনন্দ (মুংঙাইবা) মতৌ করম্না ফংগদগে হায়বগী রা অমতা থীজন্দে। শ্রীনাবদনা অপঙবা কর্ম্মীশিংদা মুংঙাইবগী নিত্য ওইবা হায়বদু করম্না খঙগদগে হায়বদু তাকপীবি। ভববোগনা (সংসাবী ওইবগী অনাবনা) নারবা মীশিংদা মখোয়না হৌজিক হৌজিক পায়বিবা থবক্লা আত্মা মুক্তিগী লম্বীদা করম হায়না পুবা ঙম্বগে হায়বদো মহাক্লা তাক্লি। শঙ্গোমদগী থোকপা পোৎ অমা চারুরগা চাবা তুমদবগী অরাবদো কোক্লনবা শঙ্গোম অফম্বা শেম্লগা অনাবা মীদা মাইবনা পীথক্লে। অনাবগী মবম অমসুং অনাবা ফহন্নবা হীদাক অদু পোৎ অমতনা ওইবা য়াই, তৌইগুম্বসুং নারদগুম্বা অহৈবা মাইবা অমনা শঙ্গোম অদু শেম্বা তারে। ঐখোয়না ঐখোয়গী নোমজমল মহৈত্না ভগবান্বু সেবা তৌবগী লম্বীসিমক ভগবদ্গীতানসু তাক্লি। মদুনা মী অমবু নৈষ্কর্ম্ম্য হায়বদি কর্ম্মদগী নাম্থোকপা মুক্তি হাযবদু ফংহনগনি।

শ্লোক ৯

**তুর্য্যে ধর্ম্মকলাসর্গে নরনারায়ণাবৃষী।**
**ভূত্বাত্মোপশমোপেতমকরোৎ দুশ্চরং তপঃ॥ ৯॥**

শব্দার্থ

তুর্য্যে—মরিশুবা অবতারদা; ধর্ম্মকলা—ধর্ম্মগী মুপী, সর্গে—পোকপা, (ধর্ম্মকলাসর্গে—ধর্ম্মগী তালোইগী গর্ভদা); নবনারায়ণৌ—নর অমসুং নারায়ণ কৌবা; ঋবী—ঋষি অনি; ভূত্বা—ওইদুনা; আত্ম-উপশম্—ইন্দ্রিয়শিংবু খুদুম চনবা; উপেতম্—পাঙথোক্লবা; অকবোৎ—তৌখি; দুশ্চরম্—চৎপদা রারবা; তপঃ—তপ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মরিশুবা অবতাবদা ভগবান্না ধর্ম্ম নিংথৌগী লৈমগী মচানুপা ফাইবোক নর অমসুং নারায়ণ কৌবা ঋষি অনি ওইখি। মতৌ অসুম্না মহাক্লা ইন্দ্রিয়শিংবু খুদুম চন্নবা হায়দুনা চৎপদা রারবা অকনবা তপ তৌখি।

নৈনরোল

ঋষভ নিংথৌনা মচানুপাশিংদা তাক্লম্বা মতুং ইন্না হায়রগদি তপস্তানা আত্মা উপলব্ধি ওইন-বগীদমক্তা মীওইবগী তৌগদবা মথৌনি। ভগবান্ মশামক্লা ঐখোয়দা খুদম ওইনা তম্বীগে হায়বগীদমক্তা মদুম্না তপস্যা তৌখি। ভগবান্দি কাউজনথীবা জীবশিংগী মযমদা য়াম্না থৌজাল হৈবী। মরম অদুনা মহাক মশামক লেঙঙকই অদুগা চঙগদবা পাওতাকশিংদো থম্বীরম্মী অদুগা মাগী মতীক চাবা মচানুপা অনীবু প্রতিনিধি ওইনা থারক্লগা মায়াবদ্ধ জীবশিংবু মাগী নাক্তা হন্নবা কৌশল্ল হায়বিরম্মী। ইকুই কুইত্রিবা মী খুদিংমক্তা নীঙশিংনবা মতমগী ওইবা রানি, মদুদি—শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুমু চপ মান্নবা মরমদুগীদমক্তা অবতার তৌবিরকখি; হায়বদি কলিযুগ অসিগী পতিতজনশিংদা (লৈখা তারবা মীশিংদা) থোইদোকপা থৌজাল উৎপীগে হায়বগীদমক্তা। নারায়ণ অবতারবু হৌজিক কাওবা হিমালয় চীঙশাঙদা বদরীনারায়ণ হায়বা লমদা পূজা তৌনরি।

শ্লোক ১০

**পঞ্চমঃ কপিলো নাম সিদ্ধেশঃ কালবিপ্লুতম্।**
**প্রোবাচাসুরয়ে সাংখ্যং তত্ত্বগ্রামবিনির্ণয়ম্ ॥ ১০॥**

শব্দার্থ

পঞ্চমঃ—মঙাশুবা অবতার; কপিলঃ—কপিল; নাম—কৌবা; সিদ্ধেশঃ—সিদ্ধশিংগী মকোক; কাল - মতম; বিপ্লুতম্—মাঙখ্রবা; প্রোবাচ—হায়রম্মী; আসুরয়ে—আসুরি কৌবা ব্রাহ্মণদা; সাংখ্যম্—সাংখ্যশাস্ত্র (প্রকৃতিগী ৱাংমগী ৱা Metaphysics); তত্ত্বগ্রাম—তত্ত্ব পুম্বা; বিনির্ণয়ম্—লেপ্পা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ভগবান্ কপিল কৌবা মঙাশুবা অবতারদু সিদ্ধশিংগী মমুঙদা অথোইবনি। মহাক্না আসুরি কৌবা ব্রাহ্মণ অদুদা সাংখ্যশাস্ত্র তাকপিখি মরমদি মতমগী ফৌরোই মতুং ইন্না সাংখ্যা জ্ঞান অসি মাঙল্লুরবনি।

নৈনরোল

সৃষ্টিগী তত্ত্ব পুম্বগী মশিং কুনমরিনি। মখোয় খূদিংমক সাংখ্য দর্শননা শুগায়না ব্যাখ্যা তৌরি। সাংখ্য দর্শনবু ইউরোপকী পণ্ডিতশিংনা metaphysics হায়না কৌনৈ। সাংখ্য শব্দগী ব্যুৎপত্তি (ৱাহৈ থোরকপা) মতুং ইন্না হনবা অর্থদি "প্রাকৃত তত্ত্বশিংবু মাচা থায়না (বিশ্লেষণ তৌদুনা) য়াম্না তরু তরুনা ব্যাখ্যা তৌরিবা অদু" হায়বনি। অসুম্না তৌবসে ইহান হানবদা ভগবান কপিলদেবনা তৌবনি। মহাকপু অবতার পরেংদা মঙাশুবনি হায়না শ্লোকসিদা হায়রি।

শ্লোক ১১

**ষষ্ঠমত্রেরপত্যত্বং বৃতঃ প্রাপ্তোঽনসূয়য়া।**
**আন্বীক্ষিকীমলর্কায় প্রহ্লাদাদিভ্য উচিবান্ ॥ ১১॥**

শব্দার্থ

ষষ্ঠম্—তরুকশুবা অবতার; অত্রেঃ—অত্রিমুনিগী; অপত্যত্বম্—মচানুপা ওইবা; বৃতঃ—বর পামজদুনা; প্রাপ্তঃ—ফংবা ওইখি; অনসূয়য়া—অনসূয়ানা; আন্বীক্ষিকীম্—আত্মাবিদ্যা; অলর্কায়—অলর্কদা; প্রহ্লাদ-আদিভ্যঃ—প্রহ্লাদ-নচিংবদা; উচিবান্ - হায়রম্মী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

তরুকশুবা অবতারদি অত্রি ঋষিগী মচানুপানি। অনসূয়ানা অবতারগীদমক বর নিজদুনা ভগবান্না অনসূয়াগী গর্ভদগী পোকখি। মহাক্না অলর্ক, প্রহ্লাদনচিংবা অতৈদসু (যদু, হৈহয়নচিংবা) আত্মাবিদ্যা তাকপিখি।

নৈনরোল

ভগবান্না ঋষি অত্রি অমসুং অনসূয়াগী মচাইবুংঙো ওইনা অবতার তৌখি। ভগবান্গী অবতার ওইনা দত্তাত্রেয় পোকখিবগী ৱারীদু ব্রহ্মাণ্ড পুরাণ-দা মপুরোইবা নীংবি মুপীগী ৱারী মতাঙদা

য়াওরি। বারীদুদা য়াওবদি ঋষি অত্রিগী তালোই অনসূয়ানা ব্রহ্মা, বিষ্ণু অমসুং শিবগী মকমদা মখাগী অসুম্না নিজখিঃ "প্রভু অহুমমক, নখোয়না ঐবু পেনবিরবদি অদুগা ঐনা নখোয়দগী করিগুম্বা মওংগী বর নিহন্নীংলবদি নখোয় অহুম্না পুন্নপ পূন্দুনা অমতং ওইরগা ঐগী ইচা ওইজগে।" লাই অহুম্না মহাক্না নিজরিবসি য়াবিখি। দত্তাত্রেয় ওইনা ভগবান্না আত্মাবিদ্যা তাকখি; থোইদোক্না অলর্ক, প্রহ্লাদ, হৈহয়নচিংবদা তাকপিখি।

শ্লোক ১২

**ততঃ সপ্তম আকূত্যাং রুচের্যজ্ঞোঽভ্যজায়ত।**
**স যামাদ্যৈঃ সুরগণৈরপাৎস্বায়ম্ভুবান্তরম্॥ ১২॥**

শব্দর্থ

ততঃ—অদুগী মতুংদা; সপ্তমে—তরেৎশুবা অবতার; আকূত্যাম্—আকূতিগী গর্ভদা; রুচেঃ—প্রজাপতি রুচিনা; যজ্ঞঃ—মিংসি কৌবা ভগবান্গী অবতার; অভ্যজায়ত—পোকখি; সঃ—মহাক্না; যাম-আদ্যৈঃ—যাম অমসুং অতৈগা লোয়নননা; সুরগণৈঃ—দেবশিংগা লোয়নননা; অপাৎ—ঙাক্লম্মী; স্বায়ম্ভুব-অনন্তরম্—স্বায়ম্ভুব মনুগী মতম (মন্বন্তর)।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

তরেৎশুবা অবতারদি প্রজাপতি রুচি অমসুং মাগী তালোই আকূতিনা পোকপা মচা ইবুংঙো যজ্ঞনি। মহাক্না স্বায়ম্ভুব মনুগী মতম (মন্বন্তর) অদু ঙাক্লম্মী অদুগা মাগী মচামূপা যম-নচিংবা লাইয়াম্না মতেং পাংখি।

নৈনরোল

প্রাকৃত জগৎকী নিয়মশিং ঙাক্লনবা দেবতাশিংনা পায়বা ফমশিংদু ধর্ম্মিক ওইবা অরাংবা থাক্নী জীবশিংদা পী। অসিগুম্বা ধর্ম্মচেনবা মীতা লৈতবা মতমদুদা ভগবান্ মশামক্না ব্রহ্মা, প্রজাপতি ইন্দ্রনচিংবা ওইনা অবতার তৌই অদুগা ফমদুগী থবক তৌই। স্বায়ম্ভুব মনুগী মতমদা (হৌজিক হৌজিক চৎলিবা মতম অসিনা বৈবস্বত মনুগী মতম্নি) ইন্দ্রলোক-গী নিংথৌ ইন্দ্রগী ফম অদু পায়নীঙায় মতিক চাবা জীব লৈরমদে। মতমদুদা ভগবান্ মশামক্না ইন্দ্র ওইখি। মচামূপা যম অদুগা অতৈ অতৈ দেবতাশিংনা তেংবাঙদুনা ভগবান্ যজ্ঞনা ব্রহ্মাণ্ড ঙাকশেনখি।

শ্লোক ১৩

**অষ্টমে মেরুদেব্যাং তু নাভের্জাত উরুক্রমঃ।**
**দর্শয়ন্ বর্ত্ম ধীরাণাং সর্ব্বাশ্রমনমস্কৃতম্ ॥ ১৩॥**

শব্দার্থ

অষ্টমে—নিপালশুবা অবতার; মেরুদেব্যাম্ তু—(নাভিগী তালোই) মেরুদেবীগী গর্ভদা; নাভেঃ—নিংথৌ নাভিদগী; জাতঃ—পোকপা; উরুক্রমঃ—শক্তি শুনা চেনবা ভগবান্ বিষ্ণু; দর্শয়ন্—উৎতুনা; বর্ত্ম—লম্বী; ধীরাণাম্—বুদ্ধি লৈবশিংগী; সর্ব্ব—লোইনমক; আশ্রম—পুন্সি খোঙথাঙ; নমস্কৃতম্—খুরুম্নরিবা; (সর্ব্বাশ্রমনমস্কৃতম্—আশ্রম পুম্নমক্কী মীনা খুরুম নরবা)॥

## মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নিপালশুবা অবতারদি নাভি রাজা অমসুং রাণী মেরুদেবীনা পোকপা ঋষভ নিংথৌনি। অবতারসিদা ভগবান্না ইন্দ্রিয় খুত্থম চল্লবা অদুগা আশ্রম পূম্বনা থুরুম্নরবা মীশিংনা চংকদবা লম্বীদু তাকখি।

## নৈনরোল

মীওইবগী সমাজসি মহৌশানা পুন্সি খোঙথাঙ অমসুং শিনজাং মতুং ইন্না নিপাল থোক্না খায়দোকই, মদুদিং—বর্ণ মরি অমসুং আশ্রম মরি। বর্ণ মরি হায়বদি শিনজাং মতুং ইন্না খায়বা বিভাগ মরিনা ব্রাহ্মণ (বুদ্ধি লৈবা কাঙবু), ক্ষত্রিয় ( লৈবাক ঙাকপা ), বৈশ্য ( লল্লোন ইতিক তৌবা), অদুগা শূদ্র (থবক শুবা) হায়বসিনি। ব্রহ্মচর্য্য (ছাত্রগী পুন্সি) গার্হস্থ্য (যুম পানবা), বানপ্রস্থ (যুম্বানবা তোকপা) অদুগা সন্ন্যাস (লম্বোইবা) অসিনা আত্মা উপলব্ধি তৌনবগী লম্বী পাংবদা পুন্সি সংস্কৃতিগী চাওথং খোঙথাঙ (আশ্রম) মরিনি। আশ্রম মরিসিগী মনুংদা সন্ন্যাস আশ্রম-না খ্বাইদগী রাংবা হেল্লী, অদুগা সন্ন্যাসীদি বর্ণ অমসুং আশ্রম পূম্বগী দীক্ষা গুরুনি। সন্ন্যাস আশ্রমদসু সিদ্ধি ফংবগী অকারম মতুং ইন্না মথাঙ মরি লৈ। মথাঙশিংদুদি কুটিচক, বহূদক, পরিব্রাজকাচার্য্য অমসুং পরমহংস হায়বসিনি। পরমহংসগী থাক অসি সিদ্ধিগী অয়োবী থাক্নি। সন্ন্যাস আশ্রমবু মী অতৈ লোইনমক্না সম্মান তৌই। নাভি রাজা অমসুং মেরুদেবী অনীনা পোকপা মহারাজা ঋষভ ভগবান্গী অবতারনি। মহাক্না মচাইবুংঙোশিংদা তপস্যানা সিদ্ধি ফংনবগী লম্বী তাকপীখি। তাক্লিবা লম্বীসিনা মীওইবগী পুন্সিবু পবিত্র ওইহল্লি (শেংহল্লি) অদুগা মতম কুইবা অমসুং অসুম অসুম হেনগৎ-তুনদা লৈবা জাত্তাগী আধ্যাত্মিক আনন্দ (নুংঙাইবা) ফংহল্লি। জীব খুদিংমক নুংঙাইবা থিরিবনি, অদুবু নিত্য ওইবা অমসুং ঙমখৈ নাইদবা নুংঙাইবা কদায়দা ফংবা য়াই হায়বা কনামতনা খঙদে। অপঙবা মীশিংনা অওইবা নুংঙাইবগী মহুৎ ওইনা ইন্দ্রিয়গী নুংঙাইবা (ইন্দ্রিয়সুখ) থিরি, অদুবু অনিত্য ওইবা নুংঙাইবনি হায়রিবা ইন্দ্রিয়সুখ অসিদি দুই ওকশিংনসু ফংই হায়বসে অপঙবশিংনা কাউথোকই। উচেক খঙদে শা খঙদে জীব অমতনা ইন্দ্রিয়গী নুংঙাইবা হায়বসি ফংদবা লৈতে। জীব জাৎ খুদিংদা করি হায়নি মীওইবগী পুন্সি ফাওবা অসিগুম্বা নুংঙাইবসে য়াম্না য়াম্না ফংবা য়াই। অদুম ওইনমক মীওইবগী পুন্সিদি অসিগুম্বা মমল হোংবা নুংঙাইবগীদমক নত্তে। মীওইবগী পুন্সিদি আত্মাবু উপলব্ধি তৌদুনা মতম চুপ্পগী (নিত্য) ওইবা অমসুং ঙমখৈ নাইদবা নুংঙাইবা ফংনবগীদমক্নি। আত্মা উপলব্ধিসে তপস্যানা হায়বদি তপ তৌদুনা অমসুং ইন্দ্রিয় পেন্নবা থবক তোক্কুনা ফংগদবনি। ইন্দ্রিয় সুখ তানবা তোকপগী সাধন তৌদুনা হৈরবা মীশিংবু 'ধীর' (অতপ্পা) হায়বদি ইন্দ্রিয়শিংনা ওৎঙম-দ্রবা মী কৌই। অসিগুম্বা ধীরশিংতনা সন্ন্যাস আশ্রমদা চঙবা ঙম্মী। মখোয়সিনা অসুম মথং মথং ফগৎলকপনা পরমহংস সন্নাসী থাক তাম্না কাবা ঙমগনি। পরমহংসশিংবুদি সমাজগী মী পূন্নমক্না লুনা চান্না তৌই। মহারাজা ঋষভনা লম্বী অসি শন্দোক্লম্মী। অদুগা মহাক্না মমৈদদি হকচাঙগী হায়বদি ইন্দ্রিয়শিংগী অপাম্বা লোইনমক মপুঙ ফানা থাদোক্লম্মী। মানা উৎলম্লিবা থাকসিগী মতৌ অপঙবা মীশিংনা তমগদবা নত্তে, অদুবু মী পূন্নমক্না মাগী থৌদৌসিবু থুরুমগদবনি।

## শ্লোক ১৪

**ঋষিভির্যাচিতো ভেজে নবমং পার্থিবং বপুঃ।**
**দুগ্ধেমামোষধীর্বিপ্রাস্তেনায়ং স উশত্তমঃ॥ ১৪॥**

শব্দার্থ

ঋষিভিঃ—ঋষিশিংনা; যাচিতঃ—পামজহুনা নিজবিবা; ভেজে—লৌরম্মী; নবমম্—মাপন-শুবা; পার্থিবম্—পৃথুগী শক ওইবা, পৃথিবীগী নিংথৌ; বপুঃ—হকচাঙ; (পার্থিবম্-বপুঃ—নিংথৌগী হকচাঙ); দুগ্ধ—শঙ্গোম শুম্বদৌনা শুম্বা; ইমাম্—মখোয়শিং; ওষধীঃ—থোরকপা পোংশিং; বিপ্রাঃ—হে ব্রাহ্মণশিং; তেন—মহুনা (পৃথীবু শুমহুনা; অয়ম্—মসিঃ স—মহাক্না; উশত্তমঃ—ফজবনা পুক্নীং হুনডাই ওইবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে ব্রাহ্মণশিং, মাপনশুবা অবতারদা, ভগবান্না ঋষিশিংনা নিজবা মতুং ইন্না নিংথৌগী (পৃথুগী) হকচাঙ লৌখি। মহাক্না পোং য়াম্না থোক্নবা হায়হুনা লৌ থোইখি, মবমহুনা পৃথিবীসে ফজখি অমস্তুং পুক্নীং হুনডাই ওইখি।

নৈনরোল

মহারাজ পৃথুনা অবতার তৌরক্লিন্নৈদা মপাবুং মহারাজনা পাল্লিদৈদা পাপকী পুন্সি লেল্লম্বা মরম্না লৈবাক্কী শাসনহু কাং-খোং চাইখি। ব্রাহ্মণ অমদি ঋষিশিংনা ভগবান্দা অবতার তৌবিরকউ হায়না প্রার্থনা তৌরম্মী, অহু তৌবতা নত্তনা মখোয়না নিংথৌবু সিংহাসন মথক্তগী চিংথুরম্মী। ধর্ম্ম চেনবা অহুগা প্রজাশিংগী মায়কৈ শুনা মঙ্গল ওইনবা হোৎনবদি নিংথৌগী মথৌনি। নিংথৌনা মথৌ পাঙথোকপদা খজিক্তুং হেক থৌশাত্রবদা বুদ্ধি লৈবা মীশিংনা (ব্রাহ্মণ অমস্তুং ঋষিশিংনা) নিংথৌ মাবু লৌথোকদবনি। অহুম ওইনমক ব্রাহ্মণশিংনা সিংহাসন মথক্তদি থক কাদে, মরমদি নিংথৌগী থবকশিংহুদগী হেন্না লুবা থবক ব্রাহ্মণশিংনা প্রজাগী য়াইফনবগীদমক তৌগদবা লৈ। সিংহাসনদা কাবগী মহুত্তা মখোয়না ভগবান্দা অবতার তৌবিনবা প্রার্থনা তৌরম্মী। অহুনা ভগবান্সু মহারাজ পৃথু ওইনা অবতার তৌখি। গুণ চেনবা ব্রাহ্মণ অমতনা রাজাগী পদবী অমতা পামদে। মহারাজ পৃথুনা পৃথিবীগী মবুক তৌথোক্নুনা পোং-চৈ য়াম্না পুথোকখি। মতৌ অস্তুম তৌবনা প্রজা পুম্নমক্না মাগুম্বা অফবা নিংথৌ অমা ফংজবগী নুংঙাইবতা নত্তনা পৃথিবীগী মশকস্তু ফজখি অমস্তুং পুক্নীং হুনডাই ওইখি।

শ্লোক ১৫

**রূপং স জগৃহে মাৎস্যং চাক্ষুষোদধিসম্প্লবে।**
**নাব্যারোপ্য মহীময্যামপাদ্বৈবস্বতং মনুম্ ॥ ১৫ ॥**

শব্দার্থ

রূপম্—শক; সঃ—মহাক্না; জগৃহে—লৌখি; মাৎস্যম্—ঙাগী; চাক্ষুষ—চাক্ষুষ; উদধি—ঈশীং; সম্প্লবে—ঈচাওদা; নাবি—হিদা; আরোপ্য—থমহুনা; মহি—পৃথিবী; ময্যাম্—লুপ্লবা; অপাৎ—কনখি; বৈবস্বত—বৈবস্বত; মনুম্—মীওইবগী মপা মনু।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

চাক্ষুষ মনুগী মতম লোইরবা মতুংদা ঈশীং-ঈচাও অমা তৌখিবা অহুগা পৃথিবী পুম্বা ঈস্নুংদা লুপ্নুনা লৈখিবা মতমদা ভগবান্না ঙাগী মশক লৌরগা বৈবস্বত মনুবু হিদা থমহুনা কনখি।

### নৈনরোল

ভাগবতকী আদি ভাষ্যকার শ্রীপাদ শ্রীধর স্বামীগী মতুং ইন্না হায়বা তারবদি মন্নু খুদিং হোংবগা প্রলয় মতম পুম্নমক্তা থোক্কে। অদুম ওইনমক চাক্ষুষ মন্নুগী মতম লোইবগা থোক্লিবা ঈচাও অসি সত্যব্রতদা তঙকপা খন্না উৎকে হায়বগীদমক্তা থোকখিবনি। অদুবু মন্নু খুদিংগী মতম হেক হেক লোইবগা প্রলয় থোকই হায়বসি শ্রীজীব গোস্বামীনা মযাম্না য়ানরিবা (বিষ্ণুধর্ম্মোত্তর, মার্কেণ্ডেয় পুরাণ, হরিবংশ-নচিংবা) শাস্ত্রদগী প্রমাণ পুথোক্লনা হায়রি। শ্রীলবিশ্বনাথ চক্রবর্ত্তীম্নু শ্রীল জীব গোস্বামীবু শৌগৎলি। মহাকস্নু (শ্রীবিশ্বনাথ চক্রবর্ত্তীম্নু) মন্নু খুদিংগী মতম লোইবদা ঈচাও তৌই হায়বসি ভাগবতামৃতম্-দগী উৎলি। মসিদস্নু নত্তনা, ভগবান্না মাগী ভক্ত সত্যব্রতদা থোইদোক্লা চানবীগে হায়বগীদমক মন্বন্তব অসিদা অবতার তৌখি।

### শ্লোক ১৬

**সুরাসুরাণামুদধি মথ্নতাং মন্দরাচলম্।**
**দধ্রে কমঠরূপেণপৃষ্ঠ একাদসে বিভুঃ। ১৬॥**

### শব্দার্থ

সুর—লাই; অসুবাণাম্—হিংচাবশিংগী; (সুর অসুরণাম্—লাই দেবশিংগা হিংচাবশিংগগী); উদধিম্—সমুদ্র; মথ্নতাম্—নৈবদা; মন্দবাচলম্—মন্দরাচল চীঙ; দধ্রে পায়থৎখি; কমঠ—থেঙ্গু; রূপেণ—শক-ওংনা; পৃষ্ঠে—মনমদা; একাদশে—তবামাথোই শুবা অবতার; বিভুঃ—অচৌবনা, ভগবান্ হরিনা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ভগবান্গী তরামাথোইশুবা অবতাবনা থেঙ্গুগী মশক লৌখি, থেঙ্গুগী মনমদা দেবশিং অমস্নুং অসুবশিংনা সমুদ্র নৈনবা শীজিন্নখিবা চৈ অদু থমখি।

### নৈনরোল

মতম অমদা লাইগা হিংচাবগনা অমৃত থক্লগা শিদনবা হায়দুনা সমুদ্রদগী অমৃত থোরকহন্নবা তৌখি। মতম অদুদা মন্দবাচল কৌবা চীঙ অদুবু নৈন-চৈ (মন্থনদণ্ড) ওইনা শীজিন্নখি। ভগবান্গী অবতার ভগবান্ থেঙ্গুগী মনমনা সমুদ্র ঈপুঙদা মন্দর চীঙগী থমফম ওইখি।

### শ্লোক ১৭

**ধান্বন্তরং দ্বাদশমং ত্রয়োদশমমেব চ।**
**অপায়য়ৎসুরানন্যান্মোহিন্যা মোহয়ন্ স্ত্রিয়া॥ ১৭॥**

### শব্দার্থ

ধান্বন্তরম্—ভগবান্গী ধন্বন্তরি কৌবা অবতার; দ্বাদশমম্—তরানিথোইশুবা অবতার; ত্রয়োদশমম্—তরাহুমদোইশুবা অবতার; এবম্—লেপ্পমক; চ—অমসুং; অপায়য়ৎ—পীথকখি; সুরান্—লাইশিংদা; অন্যান্—অতৈবু; মোহিন্যা—শুমহৎনবগী মশক ওইবী; মোহয়ন্—শুমহৎতুনা; স্ত্রিয়া—নুপীগী মুর্ত্তিনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

তবানিথোইশুবা অবতাবদা ভগবান্না ধন্বন্তরিগী মশক লৌহুনা (সমুদ্রদগী অমৃত খুত্তা পায়হুনা) থোরকখি অদুগা তরাহুমদোইশুবা অবতাবদনা মোহিনী (শুমহৎনবগী মশক) ওইবী মুপীগী মূর্ত্তি লৌবগা অসুরশিংবু ফংহন্দহুনা সুবশিংদা অমৃত থকহনখি।

শ্লোক ১৮

**চতুর্দশং নারসিংহং বিভ্রদ্দৈত্যেন্দ্রমূর্জিতম্।**
**দদার করজৈরূরাবেরকাং কটকৃদ্‌যথা ॥ ১৮॥**

শব্দার্থ

চতুর্দশম—তবামবিশুবা অবতার, নাবসিংহম—ভগবান্‌গী মী-তংখাই নোংশা-তংখাই ওইনা তৌবা অবতাব, বিভ্রৎ—লৌহুনা, দৈত্য-ইন্দ্রম্—হিংচাবশিংগী নিংথৌ, উর্জিতম্—পাঙ্গল কল্লবা, দদাব—শেগাযখি, কবজৈঃ—খুজিন্না, উবৌ—মতম্বাক্তা (ফৈবাক-থক্তা); এবকাম্—লীবু; কটকৃৎ—উ শূবা মীনা, যথা—গুম্না।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

তরামরিশুবা অবতাবদা ভগবাননা নরসিংহ (মী নোংশাগী শক) ওইনা থোবক্লগা হিংচাবশিংগী নিংথৌ হিরণ্যকশিপুগী পাঙ্গল কনবা হকচাঙতু উ শূবা মীনা লী খায়বগুম খুজিন্না খায়দোকখি।

শ্লোক ১৯

**পঞ্চদশং বামনকং কৃত্বাগাদধ্বরং বলেঃ।**
**পদত্রয়ং যাচমানঃ প্রত্যাদিৎসুস্ত্রিপিষ্টপম্ ॥ ১৯॥**

শব্দার্থ

পঞ্চদশম্—তবামঙাশুবা অবতার, বামনকম্—থীকনেম্বা ব্রাহ্মণ; কৃত্বা—লৌহুনা; অগাৎ—চৎখি, অধ্বরম্—যজ্ঞ শঙদা, বলেঃ—বলি নিংথৌগী, পদত্রয়ম্—খোঙফম অহুমদং; যাচমানঃ—নিখি; প্রত্যাদিৎসুঃ—(ইন্দ্রদা স্বর্গ) হন্না পীনীংহুনা, ত্রিপিষ্টপম্—স্বর্গ-নচিংবা মবোল অহুম।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

তবামঙাশুবা অবতারদা ভগবান্না থীকনেম্বা ব্রাহ্মণ (বামন) অমগী শক লৌরহুনা মহাবাজ বলিগী যজ্ঞশঙ তাল্লা লেঙকখি। ভগবান্না স্বর্গ-নচিংবা ত্রিভুবন (দেবশিংদা) হনজিনবিগে নীঙলবসু লম খোঙফম অহুমদং নিখি।

নৈনরোল

সর্ব্বশক্তিমান্ ভগবান্না কনাগুম্বা অমদা পীশক পীকপা অমদগী হৌরগা ব্রহ্মাণ্ডগুম্বা বাজ্য অমা পীথোকপা ঙম্মী। মতৌ অদুগুম্না মহাক্না লম মচেৎ অমতং নিবনি হায়জন্নরগা বিশ্বব্রহ্মাণ্ড-গুম্বা রাজ্য অমা লৌথোকপা ঙম্মী।

শ্লোক ২০

**অবতারে ষোড়শমে পশ্যন্ ব্রহ্মদ্রুহো নৃপান্।**
**ত্রিঃসপ্তকৃত্বঃ কুপিতো নিঃক্ষত্রামকরোন্মহীম্ ॥ ২০॥**

### শব্দার্থ

অবতারে—ভগবান্‌গী অবতারদা; ষোড়শমে—তরাতন্নকশুবা; পশ্যন্—উহূনা; ব্রহ্মদ্রুহঃ—ব্রাহ্মণশিংগী য়াথং ইন্দবা; নৃপান্—নিংথৌশিংবু; ত্রিঃসপ্ত—তরেৎ অহুম হায়বদি কুম্নাথোইলক; কুপিতঃ—তৌখি; কুপিতঃ—শাউবা; নিঃ—লৈহন্দবা; ক্ষত্রাম্—ক্ষত্রিয় শাগৈ; (নিঃক্ষত্রাম্—ক্ষত্রিয়-লৈহন্দবা); অকরোৎ—ওইহনখি; মহীম্—পৃথিবীবু।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ভগবান্‌গী তরাতন্নকশুবা অবতাবদা ভগবান্‌না (ভৃগুপতি ওইনা) ক্ষত্রিয়শিংবু ব্রাহ্মণশিংনা হায়বা ইন্দে হায়বগীদমক শাউখিবনা কুনমাথোইরক হন্না ক্ষত্রিয় শাগৈবু তুম্না হাংখি।

### নৈনবোল

ক্ষত্রিয়শিং হায়বদি লৈবাক ঙাকপা মী কাঙলুপশিংসিনা ব্রাহ্মণশিংনা হায়বদি বুদ্ধি লৈবা মী কাঙপুপ্না তাকপা মতুং ইন্না পৃথিবীসি শাসন তৌগদবনি হায়না খ্বায়না আশা তৌই। ব্রাহ্মণশিংনা ক্ষত্রিয়শিংদা শাস্ত্রগী য়া মতুং ইন্না তৌগদবা মথৌ মওং তাকই। মখোয়না তাকপা মতুং ইন্না ক্ষত্রিয়শিংনা শাসন পুই। পণ্ডিত ওইবা বুদ্ধি লৈবা ব্রাহ্মণশিংগী য়াথং ইন্দবা মতমদা ক্ষত্রিয় শাসকশিংবু মফম নমহূনা তাহল্লি অহূগা শাসন যগৎহন্নবা থৌরাং তৌই।

### শ্লোক ২১

**ততঃ সপ্তদশে জাত সত্যবত্যাং পরাশরাৎ।**
**চক্রে বেদাতরোঃ শাখা দৃষ্ট্বা পুংসোঽল্পমেধসঃ ॥২১॥**

### শব্দার্থ

ততঃ—অহূগী তুংদা; সপ্তদশে—তরাতরেৎশুবা অবতারদা; জাতঃ—পোকখি; সত্যবত্যাম্—সত্যবতীগী গর্ভদা; পরাশরাৎ—পরাশর মুনিনা; চক্রে—শেমদোকখি; বেদতরোঃ—বেদ কৌবা কল্পতরুগী (অপাম অপাম্বা পীবা পামেলগী); শাখাঃ—মশা মরেং; দৃষ্ট্বা—উরহূনা; পুংসঃ—মীয়াম; অল্পমেধসঃ—বুদ্ধি রাংপা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অহূগী তুংদা, ভগবান্‌গী তরাতরেৎশুবা অবতারদা শ্রীব্যাসদেবনা সত্যবতীগী গর্ভদা পরাশর মুনিগী মচা ওইনা পোকখি। মীয়াম্না বুদ্ধি রাংশল্লকপা উহূনা মহাক্না বেদ পাম্বী অমতা ঙায়ববু মশা মরেং কয়ামুক থোক্না শেমদোকখি।

### নৈনবোল

অহানবদদি বেদ অমখক্তনি। অহূবু শ্রীলব্যাসদেবনা অহানবগী বেদ অমতহূবু সাম, যজুঃ, ঋক্, অথর্ব্ব হায়না মরি থোক্না খায়দোকখি। অহূদগী অমুক পুরাণশিং অমদি মহাভারতকুম্বা মশা মরেং মখল কয়াদা বেদবু ব্যাখ্যা তৌখি। বেদগী লোল অহূনে অহূগা বেদনা নৈনরিবা বিষয়নে মীচমগীদমক্তি খঙবদা লুরে। বুদ্ধি য়াম্না লৈবা অহূগা আত্মা উপলব্ধি তৌরবা ব্রাহ্মণশিংতনা বেদগী

অর্থ খঙলম্মী। অদুবু হৌজিক্কী কাল যুগসিদদি বুদ্ধি য়াংপা মীনা থল্লে। মপা ব্রাহ্মণনা পোকপা মীশিং ফাওবা হৌজিক্কী যুগসিদা শূদ্র নত্রগা মুপীশিংদগী হেন্না ফবা য়াওদ্রে। দ্বিজ (অনীরক হন্না পোকপা) ওইবা মী হায়বদি ব্রাহ্মণ, ক্ষত্রিয় অমদি বৈশ্যশিংসে সংস্কৃতি-মূলক সংস্কার (শেংদোকপা) তৌফম থোকই। অদুবু আধুনিক যুগসিগী প্রভাব-না ব্রাহ্মণ পরিবারগী মীশিং অদুগা অতৈ অরাংবা পরিবারগী মীশিংসু অদুক হন্না মহৈ হৈবা য়াওদ্রে। অসিগুম্বা মহৈ হৈতবা ব্রাহ্মণগী ইমুংদা পোকপা মীশিংবু দ্বিজ বন্ধু (দ্বিজগী মরিমতা) কৌই। দ্বিজবন্ধুশিংদি শূদ্র নৎত্রগা মুপীশিংদা চল্লী। শ্রীলব্যাস-দেবনা দ্বিজবন্ধুগুম্বা শূদ্রগুম্বা বুদ্ধি য়াংপা মীতাশিংগীদমক্তা বেদবু মশা মরেং কয়ামুক থোক্লা খায়দোকখি।

শ্লোক ২২

**নরদেবত্বমাপন্নঃ সুরকার্য্যচিকীর্ষয়া।**
**সমুদ্রনিগ্রহাদীনি চক্রে বীর্য্যাণ্যতঃ পরম্ ॥ ২২ ॥**

শব্দার্থ

নর—মীওইবা; দেবত্বম্—দেবতা ওইবা; আপন্ন—মূর্ত্তি লৌরবা; সুর—দেবতাশিং; কার্য্য—থবকশিং; চিকীর্ষয়া—তৌনবগীদমক; সমুদ্র—ভারত মহাসাগর; নিগ্রহ-আদীনি—খুদুম চনবনচিংবা; চক্রে—তৌখি; বীর্য্যাণি—থৌনা ফবা থবকশিং; অতঃ পরম্—অদুগী মতুংদা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

তরানিপালগুবা অবতারদা, ভগবান্না রাজা রাম ওইনা পোকখি। দেবতাশিংগী পেল্লনবা থবক তৌনবা হায়দুনা মহাক্না ভারত মহাসাগরবু খুদুম চল্লগা সাগরগী য়াংমদা লৈবা অসুর রাবণ নিংথৌবু হাৎলগা মীওইবা জাতিনা তৌওমদবা থৌনা উৎখি।

নৈনবোল

**পরমেশ্বর ভগবান্ শ্রীরামনা মীওইবগী মূর্ত্তি লৌরগা বিশ্বব্রহ্মাণ্ডবু লৈবাক মরা তপ্না থম্নবা লাইয়াম্বু পেলহন্নবগীদমক পৃথিবীদা অবতার তৌরকখি। করি করিগুম্বা মতমদা রাবণ অমদি হিরণ্য কশিপুনচিংবা অসুরশিংনা প্রাকৃত বিজ্ঞানগী মতেংনা অমসুং ভগবান্গী লেঙড্রবা রায়েলগা শীঙন-নীঙদুনা তৌবা থবক কয়া তৌদুনা মিংচৎ ফংখি। খুদমগী মশক ওইনা, প্রাকৃত উপায়না লোক অতৈ অতৈদা পাইগদবগী হোৎনবসে লাই রায়েল থুগাইনবনি। লোক খুদিংগী ওইরিবা ফীভম-শিংদো অমগা অমগা মান্নদে। ভগবান্গী শাস্ত্রবিধিনা পল্লিবা বিশেষ ওইবা থবকশিংগীদমক লোক-শিংদুদা তোঙান তোঙানবা মীওইবা জাতিবু থম্লিবনি। অদুবু প্রাকৃত উন্নতি (চাওখৎপা) শম্না-মুক্তং ফংবদা নাপল কাখিদুনা লাই থাজদবা সংসারীশিংনা ঈশ্বর লৈ হায়বা য়াদে। রাবণসু মথোয়দু-গুম্বগী মরক্তা অমনি। মহাক্না চঙদবা য়াদবা গুণ লৈকো হায়বা খন্দদুনা মীচমশিংবু প্রাকৃত উপায়না ইন্দ্রলোক্তা (স্বর্গদা) থাগদবগী তৌরম্মী। স্বর্গলোক অদুদা চুমত্রিংনা য়৹নবা কৈরাক অমা মহাক্না শানিঙঙম্মী। মদুম তৌরবদি মীশিংনা স্বর্গ চৎপগী তৌদবা য়াদবা পুণ্য কর্ম্মশিংদু তৌদ্রবসু স্বর্গ কাবা য়াগনি। ভগবান্গী রায়েল থুগাইনবা অতৈ অতৈ থবকসু মহাক্না তৌনিঙলম্মী। মহাক্না ভগবান্ শ্রীরামচন্দ্রগী শক্তিবু শীঙদুনা শ্রীরামগী তালোই সীতাবু ফাদুনা পুখি। লেপ্নমক ভগবান্**

রামচন্দ্রনা দেবতাশিংগী অপাম্বা থুংননবা অসুর রাবণবু দণ্ডি পীবা লেঙলকখি। মরমত্থনা রাবণ নিংথৌনা শীঙনরকপত্থ য়ারম্মী। মত্থগীদমক তৌখিবা থবক পূম্বদো রামায়ণ কৌবা লাইরিক্কী বিষয়নি। প্রভু রামচন্দ্রদি পরমেশ্বর ভগবান্ ওইবনিনা রাবণ নিংথৌনচিংবা চাওখৎলবা কনাগুম্বা মীওইবা অমতনা তৌবা ঙমদবা থবক রামচন্দ্রনা উংখি। ভগবান্ রামচন্দ্রনা ঈশীং মথক্তা মুঙ তাউহল্লগা ভারত মহাসাগরগী মথক্তা অচৌবা লম্বী (থোং) অমা শাখি। আধুনিক বিজ্ঞান পণ্ডিতশিংনা পোৎ লুমদবগী (য়াংহনবগী) মরমদা য়াম্না কন্না থিজিল্লী, অত্থবু মখোয় অৱম্বা পোৎপু য়াংহনবা ঙমদ্রি। পোৎ অমবু লুমহন্দবা হায়বসে ভগবান্গী থৃৎশেম্নিনা ভগবান্ মহাক্তি চাউরবা গ্রহলোকশিংবু আকাশদা পাইহনবা অত্থগা তাউহনবা ঙম্মী, মরমত্থনা মহাক্না পৃথিবীসিদা লৈবা মুঙশিংবু য়াংহল্লগা সমুদ্র মথক্তা থোং ভাক্লবা মখোঙ য়াওদবমখৈ মুঙ-থোং অমা শাখি। মত্থনি ভগবান্গী শক্তি উৎপা হায়বদো।

শ্লোক ২৩

**একোনবিংশেবিংশতিমে বৃষ্ণিষু প্রাপ্য জন্মনী।**
**রামকৃষ্ণাবিতি ভুবো ভগবান্হরম্ভরম্ ॥ ২৩ ॥**

শব্দার্থ

একোনবিংশে—তরামাপলগুবদা; বিংশতিমে—কুনশুবদসু; বৃষ্ণিষু—বৃষ্ণি শাগৈদা; প্রাপ্য—ফংত্থনা; জন্মনী—পোকপা; রাম—বলরাম; কৃষ্ণৌ—শ্রীকৃষ্ণ; (রামকৃষ্ণৌ—বলরাম অমসুং কৃষ্ণ); ইতি—অসুম্না; ভুবঃ—জগৎকী; ভগবান্—ভগবান্না; অহরৎ—কোকহনখি; ভরম্—অৱম্বা (অরাবা)।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

তরামাপলগুবা অমদি কুনশুবা অবতারদা ভগবান্না বৃষ্ণি শাগৈদা (যত্থ শাগৈদা) বলরাম অমসুং কৃষ্ণ ওইনা পোকখি, অমসুং অত্থম তৌত্থনা মহাক্না পৃথিবীগী ভার কোকহনখি।

নৈনরোল

শ্লোকসিদা থোওইনা 'ভগবান্' শব্দ পনবসিনা উৎলিবদি বলরাম কৃষ্ণ অনীসে ভগবান্গী আদি মূর্ত্তিনি হায়বসিনি। রাযমসি মত্থংদা ব্যাখ্যা তৌথরকখিনি। অধ্যায়সি হৌরকপদগী ঐখোয়না খঙলকপা হায়বদি পুরুষ-তগী অবতার ওইরকপনি হায়বগুম্না শ্রীকৃষ্ণবু পুরুষগী অবতারনি হায়না লৌগদবা নত্তে। মহাক্তি স্বয়ং আদি ভগবান্ত্থমক্তি অত্থগা বলরামনা ভগবান্গী ইহান হানবা বিলাস মূর্ত্তিনি। বলদেবদগী অহানবা কায়ব্যুহ বাসুদেব, সঙ্কর্ষণ, অনিরুদ্ধ, অমসুং প্রদ্যুম্ন হায়বসি ওইরকখি। শ্রীকৃষ্ণ ভগবান্না বাসুদেবনি অত্থগা বলদেবনা সঙ্কর্ষণ হায়বত্থনি।

শ্লোক ২৪

**ততঃ কলৌ সম্প্রবৃত্তে সম্মোহায় সুরদ্বিষাম্।**
**বুদ্ধো নাম্নাঞ্জনসুতঃ কীকটেষু ভবিষ্যতি ॥ ২৪ ॥**

শব্দার্থ

ততঃ—অত্থদগী তুংদা; কলৌ—কলি যুগ; সম্প্রবৃত্তে—চঙলকপদা; সম্মোহায়—শুমহৎনবগীদমক; সুর—দেবশিং; দ্বিষাম্—কলকপশিংবু; (সুরদ্বিষাম্—লাইশিংগী য়েংথিবশিংবু); বুদ্ধঃ—ভগবান্ বুদ্ধ;

নাম্না—কৌবা; অঞ্জন সুত—অঞ্জনাগী মচানুপা; কীকটেষু—গয়া প্রদেশদা (বিহাব), ভবিষ্যতি—ওইগনি (অবতাব তৌগনি)।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অত্তুগী তুংদা, কলিযুগ হৌবকপদা ভগবান্না দেবশিংগী বলক-য়েংথিবা তামসিক ওইবা মীশিংবু শুমহৎনবগীদমক অঞ্জনাগী মচানুপা ওইনা গয়া প্রদেশদা অবতাব তৌরগনি।

নৈনবোল

ভগবান্গী শক্তিমান অবতাব প্রভু বুদ্ধদেবনা অঞ্জনাগী মচানুপা ওইনা গয়া প্রদেশদা (বিহারদা) পোকখি, অত্তুগা মহাক্লা খঙ্গবা মওংদা অহিংসা (হাৎনিংদবা, হাত্তবা) প্রচাব তৌখি অত্তুগা বেদনা তাকপা শাহাৎ যজ্ঞ বিধিবু নিন্দা তৌখি। ভগবান্ বুদ্ধনা অবতার তৌবা মতমতুদা মী তয়াম্বনা নাস্তিক ওইবম্মী, অত্তুনা শা হাৎলগা চাবনা হেন্না পাম্নবম্মী। বৈদিক যজ্ঞগী নামাদা থোংজন্দুনা মফম খুদিংক শাহাৎশঙ ওইহল্লম্মী, অত্তুনা অথিংবা অমতা লৈতনা শা হাৎনরম্মী। মরাইবক থীবা শাশিংবু মুংশিবিত্তুনা ভগবান্ বুদ্ধনা অহিংসা ধর্ম্ম প্রচাব তৌবম্মী। বেদগী মতপু থাজদে হাযনা মহাক্লা প্রচাব তৌখি অত্তুগা শা হাৎলগা ওইগদবা পুক্লীংগী ফল অত্তু কল্লা হায়রম্মী। কলিযুগগী বুদ্ধি রাৎপা মীশিংনা ঈশ্বববু থাজদবনিনা বুদ্ধগী মত অত্তু চৎলম্মী। মতমত্তুগীদমক ভগবানবু উপলব্ধি তৌবগী লম্বীদা চৎথনবগীদমক তৌযম থোকপা অহানবা থবক ওইবা নীতিধর্ম্ম অত্তুগা অহিংসা ধর্ম্ম অনিসিদা শিক্ষা পীবম্মী। মহাক্লা অসুবশিংবু শুমহৎলম্মী মবমদি মাগী মত ইনবা অসুবশিংসিনা ঈশ্বববু থাজরমদে, অত্তুবু মখোয ভগবান্গী অবতাব ওইবা ভগবান্ বুদ্ধদেববুদি মপুঙ ফানা থাজরম্মী। মতৌ অসুম্না ঈশ্বব থাজদবা মীশিংদা বুদ্ধদেবগী রূপ-তা ভগবানবু থাজহনখি। মত্তু ভগবান্ বুদ্ধগী কৃপানি। মহাক্লা ঈশ্বব থাজদবা মীশিংদা ভগবানবু থাজহনখি। ৮

ভগবান্ বুদ্ধনা অবতাব তৌব্রিঙৈগী মমাঙদা শা হাৎপসি সমাজগী য়াম্না পাম্নবা মতৌ অমা ওইরম্মী। মী ময়াম্না হাযরম্মী—মখোয়না শা হাৎলিবসে বৈদিক যজ্ঞ তৌরিবনি। মহাজনশিংনা গুরুশিষ্য পরম্পবা নাইনা বেদশিংবু পীন লৌন তৌদ্রবা মতমদা নোং-ফাদোক ওইনা বেদ পাঠ তৌবা মীশিংবু বৈদিক জ্ঞানগী লৈশি লৈথোল্লবা লোন্দাদা লম্বী শেরাম্নবা চৎহল্লী। অসিগুম্বা পণ্ডিত মূর্খশিংগী (অবিপশ্চতঃ) মবমদা ভগবদ্গীতানা পল্লী। বৈদিক সাহিত্যগী অপঙবা পণ্ডিতশিংনা পবমার্থগী রাবু আত্মা-উপলব্ধি যংলবা গুরু শিষ্যগী পরম্পরা নাইনা লৌনবা থোশাদে, মবমত্তুনা মখোয়না সাধন তৌবদা ককভাওনবদি শোয়দবনি। মখোয়দদি কর্ম্ম কাণ্ডনা মবোইরবোই তৌই। মত্তুদগী হেস্থনা মখোয়না করিমতা খঙদে। ভগবদ্গীতাগী মতুং ইন্না (১৫।১৫) 'বেদৈশ্চ সর্ব্বৈরহমেব বেদ্যো' বেদ পুন্নমক্লা খনওাইনি হায়না তাক্লিবদো ঐহাক্তনি হায়বি, হায়বদি পরমেশ্বর ভগবান্গী লম্বীবোমদা বেদশিংনা জীববু লমজিংবি। বৈদিক সাহিত্যগী অপুনবা বিষয়দি ভগবানবু, জীবাত্মাবু, জগৎপু অমসুং মখোয় ময়ামসিগী মরক্তা লৈনরিবা সম্বন্ধবু খঙবনি। সম্বন্ধ খঙলবা মতমদা সম্বন্ধগী মতুং ইনবা থবক হৌই, অত্তুগা অসিগুম্বা থবক তৌবগী ফল ওইনা পুন্সি পান্দম অয়োইবা হায়বদি ভগবান্গী নাক্তা য়োবা ইলাই-লাইনা কংভী। লাইবক থীবদি, বেদগী গুরু নাইদবা পণ্ডিতশিংনা সংস্কাব-কর্ম্মতমক পাম্মী, অত্তুনা সাধনগী অকায়ম্ কাবা ভমদে।

অসিগুম্বা কবঙাওনরবা করাম চাওবা মীতাশিংগী মফমদা বুদ্ধদেবনা ঈশ্বববাদকী খুদম ওইরি। মবমত্তুনা মহাক্না ইহান হানবদ্দা শা হাৎপবু খিংবা পামখি। ভগবান্‌গী নাক্তা হুনবগী লম্বীদদি শা হাৎপশিংসে খুদোং থীনডাই মশক্লি। আত্মাবু 'শা' হায়বদি জীব হায়না কৌই। মবমত্তুনা শাহাৎপা মীনে অত্তুগা আত্মাগী মশক খঙত্রবা মীশিংনে মথল অনীমক শা হাৎপা ডাক্তুনি।

জীব হাৎপা মীতনা ভগবান্‌গী কথামৃতগী মহাও খঙদে হায়না পবীক্ষিৎ মহাবাজনা হায়খি। মবমসিনা ভগবান্‌গী নাক্তা চৎনবা লম্বীত্তু মীশিংদা তাকপীগে হায়রবদি ইহান হেক হান্না তাকপিগ-দবা ৱাদি মথক্তা হায়খিবগুম্না জীব হাৎপা তোকহনবা হায়বসিনি। পারমার্থিক উপলব্ধিগা জীব হাৎপগা মবী লৈনদে হায়বদি অর্গ য়াওদবা ৱানি। মবী লৈনদে হাযবা শাথিববা মত অসিগী যল ওইনা কলি যুগগী প্রভাব-না জীব হাৎপদি বেদনা য়াই হায়ত্তুনা প্রচার তৌবা সন্ন্যাসীনি হায-শাবশিং য়াম্না চোংথোবকই। বিষয়সে চৈতন্য মহাপ্রভুগা মৌলানা চাঁদ কাজী সাহেবকা ৱারী শান্নবদা নৈনথ্রবনি। বেদনা হাযবা শাহাৎ যজ্ঞগা শাযোনবগী শাহাৎশঙদা খাক-নাইদবা শাহাৎকা মান্নদে। অসুবশিং হাযবদি বৈদিক সাহিত্যগী পণ্ডিত শাবশিংনা জীব হাৎপা য়াবগী প্রমাণ বেদদা য়াওরি হাযবম্বগী মবমদা ভগবান্ বুদ্ধদেবনা বেদগী ৱা চৎযদে হায়না মপাম্বোংগী ওইনা হায়রম্মী। অসুম্না ভগবান্ বুদ্ধনা বেদবু লঙ্ঘন তৌবম্সে মীওইববু জীব হাৎপগী পাপ-তগী কনবীনবগীদমক্লি। অত্তুগা বিশ্বপ্রেম, শান্তি অমদি ন্যায় পান্মী হায়না লাউবদমক লাউরুবা মীশিংনা লৌথরম্বা শাহাৎ থৌরম-দগী শাশিংবু কন্ননবগীদমক্লি। শা-হাৎলিবমখৈ ন্যায হায়বদো লৈত্রে। ভগবান্ বুদ্ধনা শা হাৎপবু পুংথিং থিংবা পাম্লম্মী। মবমত্তুনা মাগী অহিংসা ধর্ম্মবু ভাবতবর্ষদদা নত্তনা দেশসিগী ৱাংমদসু শন্দোক্লম্বনি।

পোৎতাগী মতুং ইন্না হাযবগদি ভগবান্ বুদ্ধগী দর্শনদি নাস্তিক দর্শন কৌই মবমদি মহাক্না ভগবান্ লৈ হাযবা য়ারমদে অত্তুগা বেদনা হায়রগা ৱা লোইরে হায়বত্তুসু য়ারমদে। মত্তুদি ভগবান্‌না মপাম্বোংদা কুপ্তুনা লোৎপদনি। ভগবান্ বুদ্ধ পবমেশ্বর ভগবান্‌গী অবতারনি। অসুম ওইবা মরম্না, মহাকসে বৈদিক জ্ঞানগী অহানবা প্রথোবকপা অত্তুনি। মরমত্তুনা মহাক্না বৈদিক দর্শনবু লঙ্ঘন তৌবা হৌনদে। অত্তুবু মহাক্না মপাম্বোংদা বেদবু মানিবমদে মবমদি 'সুরদ্বিষ' শিংনা হায়বদি অসুর হিংচাবশিংনা মতম পুম্নমক্তা ভগবান্‌গী ভক্তশিংবু কলক য়েংথি, বেদদগী প্রমাণ পীত্তুনা যণ হাৎপা নৎত্রগা জীব হাৎপবু য়োকথৎলি; মসি হৌজিক কালগী তনৌবা সংস্করণগী সন্ন্যাসীশিংনা তৌনরি। ভগবান্ বুদ্ধনা বেদনা হায়রগা লোয়রে হায়বসি ককথৎপা তারম্মী। অত্তুবু মানা তৌরম্বসে অত্তুক থৌদোগী মতুং ইনবনি। মহাক্না অসুম্না তৌরমত্রবদি মহাকপু ভগবান্‌গী অবতারনি হায়নরগ্রোই। অত্তুগা মহাকপু কবি জয়দেবগী পাবমার্থিক ওইবা শৈরেংলক্তা হাপ্তুনা ঈরাংলম্লোই। জয়দেবদি বৈষ্ণব আচার্য্য অমনি। ভগবান্ বুদ্ধনা মতমত্তুগী চূনগদবা মওংদা বেদগী অহোবা নীতিশিংদো বেদনা ৱাবোইনি হায়বসি থোকহন্নবা প্রচার তৌখিবনি (অত্তুগা শঙ্করাচার্য্যসু মতৌ অত্তুম্না তৌখিবনি)। মরমসিনা ভগবান্ বুদ্ধ অমসুং আচার্য্য শঙ্করনা ঈশ্বরবাদগী লম্বী থোনখিবনি, অত্তুগা বৈষ্ণব আচার্য্যশিংনে, থোইদোক্না ভগবান্ শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা পরমেশ্বর ভগবান্‌গী নাক্তা হুন্নবগী লম্বীরোমদা মীওইববু লমজিংবিথি।

হৌজিক প্রজা মীয়াম্না ভগবান বুদ্ধগী অহিংসা-আন্দোলন অসি পাম্নরকপা উবদা ঐথোয় য়াম্না নুংঙাই। অত্তুবু ৱাফমসে চাননা লৌখৎত্তুনা শাহাৎ-শঙ লৈস্নিবসে পুম্মুং মুথৎকদৌরিববা ? নৎত্রগদি, মথোয়গী অহিংসা নিতিসে করিসু কান্নরোই।

শ্রীমদ্ভাগবতম্‌সি কলি যুগ হৌরমদাইদা (চহী লীশীং মঙাবোমগী মমাঙদা) লেংখিবনি অদুগা ভগবান্ বুদ্ধনা চহী লীশীঙ অনী চাতরককলোমগী মমাঙদা অবতার তৌখিবনি। মরমসিনা শ্রীমদ্ভাগবতম্‌দা ভগবান্ বুদ্ধবু মাঙজোননা পনবনি। অসিগুম্বা অশেঙবা শাস্ত্রগী পারমার্থিক ওইবদি (মরা চৎপা ওইবদি) মতৌ অসুম তৌবনি। অসিগুম্বা তুংদা ওইরক্কদবা থোৌদোক্কী রা য়াম্না য়াওরি, মখোয়দু মথং মথং চুম্না থোরক্লি। মখোয়সিনা শ্রীমদ্ভাগবতম্‌গী অওইবা মফম অদু উৎলী; শ্রীমদ্ভাগবতম্‌দি ভ্রম (পোৎশক শেরাম্নবা) লৌবা, প্রমাদ (পুক্নীং চঙদবগী তায়োম্নবা অমসুং তায়োম্নবদগী শেরাম্নবা) লৌবা, বিপ্রলিপ্সা (নমথাকনীঙবা), অদুগা করণাপাটব (করণ—ইন্দ্রিয়, অপাটব—ঙমদবা; করণা পাটব—ইন্দ্রিয়গী মঙম য়াৎপা) হায়বা দোষ মরিসে য়াওদবা লাইরিক্লি। হায়রিবা দোষ মরিসে মায়াবদ্ধ জীব খুদিংমক্কীনি। মুক্ত জীবশিংদি দোষ মরিমক্কী মথক্তা লৈ, মরমসিনা মখোয়না লাপথ্রবা তুংগী মতমদা থোরক্কদবা থৌদোকশিংবু উদুনা হায়ননা হায়দোকপা ঙম্মী।

শ্লোক ২৫

**অথাসৌ যুগসন্ধ্যায়াং দস্যুপ্রায়েষু রাজসু।**
**জনিতা বিষ্ণুযশসো নাম্না কল্কির্জগৎপতিঃ ॥ ২৫ ॥**

শব্দার্থ

অথ—অদুগী তুংদা; অসৌ—ভগবানদুমক্তা; যুগ-সন্ধ্যায়াম্—যুগ অনী তাইনবা মতমদা; দস্যু—লুটবালা; প্রায়েষু—অয়াম্বনা; রাজসু—শাসন পায়বশিংনা; জনিতা—পোকনি; বিষ্ণুযশসঃ—বিষ্ণুযশাদগী; নাম্না—কৌবা; কল্কি—কল্কি ভগবান্; জগৎপতিঃ—জগৎকী মপু।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অদুগী তুংদা, যুগ অনীগী শংদাইদা (হায়বদি কলি যুগ লোইরকপদা) নিংথৌশিংনা (শাসন পায়বশিংনা) লুট-রালাগুম ওইবক্লবদা জগৎকী মবুংঙো মহাত্মা বিষ্ণু কল্কি কৌদুনা বিষ্ণুযশাগী মচানুপা ওইনা অবতার তৌবগনি।

নৈনবোল

ভগবান্‌গী অবতার কল্কি ভগবান্‌না অবতার তৌরক্কনি হায়বগী ভবিষ্যদ্বাণী অমসু অসিদা য়াওরে। মহাক যুগ অনি তাইনবদা হায়বদি কলি যুগ লোইবদা অদুগা সত্যযুগ হৌবদা অবতার তৌরক্কদৌরিবনি। সত্য, ত্রেতা, দ্বাপর অদুগা কলি কৌবা যুগ মরিগী চক্রসিনা চহিগী থাগুম্না মথং মথং কোয়। আধুনিক কলি যুগসে চহি ৪৩২,০০০ শাবনি। মসিগী মনুংদা কুরুক্ষেত্রগী লান মতুংদগী অদুগা পরীক্ষিৎ মহারাজনা পানবা মতুংদগী চহী ৫০০০ তমক লেনখ্রে। অদুনা কলিযুগ লোইগদবা চহী ৪২৭,০০০ রাংলি। মরমসিনা শ্রীমদ্ভাগবতম্‌না হায়বা মতুং ইন্না কলি যুগসি লোয়রগা কল্কি অবতার তৌগনি। কল্কিগী পম্মৌ লাইরিক হৈবা ব্রাহ্মণ্গী বিষ্ণুযশা হায়বা মিংনে অদুগা সম্ভল কৌবা খুলগী মিংনে অনিসু পল্লী। মথক্তা হায়খিবা মতুং ইন্না ভবিষ্যদ্বাণীশিংসে মতমগী মতুং মনাও ইন্না শোয়দনা থোক্লগনি। অদুনি শ্রীমদ্ভাগবতম্‌না প্রামাণিক ওইবা।

শ্লোক ২৬

**অবতারা হ্যসংখ্যেয়া হরেঃ সত্ত্বনিধের্দ্বিজাঃ।**
**যথাবিদাসিনঃ কুল্যাঃ সরসঃ স্যুঃ সহস্রশঃ ॥ ২৬ ॥**

শব্দার্থ

অবতারাঃ—অবতারশিংঃ হি—লেপ্পমক; অসংখ্যেয়াঃ—মশীঙ লাকঙমদবা; হরেঃ—হরিগী; সত্বনিধে—সত্বগুণগী তুঙফম ঈপাক ওইরিবা অদুগী; দ্বিজাঃ ব্রাহ্মণশিং; যথা—অদুগুম্না; অবিদাসিনঃ—তুম্বা নাইদবা অদুদগী; কুল্যাঃ—তুরেন মচাশিং; সরসঃ—পাৎশিংদগী; স্যুঃ ওই; সহস্রশঃ—লীশিং লীশিং।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে ব্রাহ্মণশিং, ভগবান্গী অবতারশিংদি ময়েং তাবা নাইদবা ঈশীং মকশিংদগী তুরেন মচা লীশিং লীশিং থোরকপগুম মশিং লাকঙমদে।

নৈনরোল

লাইবিকসিদা পীরিবা ভগবান্গী অবতারশিংগী শীঙককসিনা লোইবা নত্তে। অবতারশিং লৈরিবগী নাকচেৎ অমতং উৎপদনি। অতৈ ময়াম অমসু লৈবি, মদুদিঃ—শ্রীহয়গ্রীব, হরি, হংস, পৃশ্নিগর্ভ, বিভু, সত্যসেন, বৈকুণ্ঠ, সার্বভৌম, বিষ্বকসেন, ধর্ম্মসেতু, সুধামা, যোগেশ্বর, বৃহদ্ভানু অদুগা হৌরবা যুগ ময়ামগী অবতার অতৈশিং। শ্রীপ্রহ্লাদ মহারাজনা স্তুতি তৌবদা হায়খি—"হে প্রভু, নহাক্না সাধুশিংবু কন্নবা অদুগা সাধু নত্তবশিংবু মাঙহন্নবগীদমক লাইজনুংগী জীব, মনামশীং, লীন-কাঙ, উচেক-রায়া, শা, মী, লাই (দেবতা) নচিংবা জীব জাৎ খুদিংমক্কী মশক লৌদুনা নশাবু প্রকাশ তৌই। তোঙান তোঙানবা যুগশিংগী তৌফম থোকপা মতুং ইন্না মহাক্না নশাবু প্রকাশ তৌই। কলিযুগদা নশাবু ভক্ত অমা ওইনা প্রকাশ তৌখি।" কলিযুগগী অবতার হায়রিবসে ভগবান্ চৈতন্য মহাপ্রভুনি। ভাগবতম্গী অদুগা অতৈ অতৈ শাস্ত্রগ্রন্থগী মফম অয়াম্বদা ভগবান্না চৈতন্য মহাপ্রভু ওইনা অবতার তৌবগী বা তশেংনা য়াওরি। ব্রহ্মসংহিতাদসু নাকোইননা- পল্লিবদি অসিনি, মদুদিঃ—ভগবান্গী রাম, নৃসিংহ, বরাহ, মৎস্য, কূর্ম্ম-নচিংবা অবতার ময়াম লৈরবসু স্বয়ং ভগবান্ মশামক করি করিগুম্বা মতমদা অবতার তৌই। মরমসিনা ভগবান্ কৃষ্ণ অমসুং ভগবান্ চৈতন্য মহাপ্রভুদি অবতার নত্তে, অবতারশিংগী থোরকফম অবতারী অদুনি। রাফমসি মতুংগী থংনবা শ্লোক অদুদা শুগাইনা ব্যাখ্যা তৌদুনা তারক্কনি। অদুনা ভগবান্দি মমিং পন্দবা অবতার শীঙলাক ঙমদবশিংগী তুম্বা নাইদবা তুরেন মন্নগুম্বনি। অবতারশিংসে কনাগুম্বা জীব অমতনা তৌবা ঙমদবা অঙকপা থবক তৌথোরক্কুনা তোঙাল্লা তাদুনা লৈ। অপান্নরা নত্রগা নাকোইননরা শক্তি চেনবা অবতারবু শকখঙগে হায়বগী ময়ান্না তৌনবা চাংয়েংদি মদুনি। মথক্তা পনগ্রবা অবতার থরদি অংশ অবতার ঙাক্লা নম্মী। খুদম ওইনা, কুমারশিংসে দিব্য-জ্ঞান চেনবা ঙাক্তনি। শ্রীনারদনা ভক্তি যোগগী শক্তি চেনবনি। মহারাজা পৃথু নিংথৌগী থবক পাঙথোক্নবা শক্তি চেনবা অবতারনি। মৎস্য অবতারসি অপান্নলা ওইরকপা অংশ অবতার অমনি। মরমদুনা ভগবান্গী শীঙলাক-ঙমদবা অবতার ময়াম বিশ্বব্রহ্মাণ্ডশিংদা অরেপ্পা লৈত্তবমথে ঈশীং কবোক চাইবীদগী ঈশীং তত্তনা চেম্বরকপগুম উৎলি।

শ্লোক ২৭

**ঋষয়ো মনবো দেবা মনুপুত্রা মহৌজসঃ।**
**কলাঃ সর্ব্বে হরেরেব সপ্রজাপতয়ঃ স্মৃতাঃ॥ ২৭॥**

শব্দার্থ

ঋষয়ঃ—ঋষি পুম্নমক; মনবঃ—মনু পুম্নমক; দেবাঃ—দেব (লাই মচা) পুম্নমক; মনুপুৎত্রাঃ—মনুগী মচাশিং; মহা-ওজসঃ—থৌনা লৈবশিং; কলাঃ—অংশগী অংশশিং; সর্বে—লোইনমক; হরেঃ—হরিগী; এব—লেপ্পমক; সপ্রজাপতয়ঃ—প্রজাপতি পুম্নমক্তা লোয়ননা; স্মৃতঃ—নীঙশীঙনরি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

থোইদোকপা শক্তি চেল্লবা ঋষিশিং, মনুশিং, দেবশিং অমসুং মনুগী মচাশিং পুম্নমক ভগবান্গী অংশ নত্রগা কলা (অংশগী অংশ) ঙাক্তনি। মখোয়সিগী মরক্তা প্রজাপতিসু য়াওরিবনি।

নৈনবোল

শক্তি খরা ব্রাৎলবা অবতারশিংবু বিভূতি কৌই অমসুং চাঙদমনবদা শক্তি হেনবা অবতারশিংবু আবেশ অবতার কৌই।

শ্লোক ২৮

**এতে চাংশকলাঃপুংস কৃষ্ণস্তু ভগবান্ স্বয়ম্।**
**ইন্দ্রারিব্যাকুলং লোকং মৃড়য়ন্তি যুগে যুগে ॥২৮॥**

শব্দার্থ

এতে—মখোয়পুম্নসি; চ—অমসুং; অংশ—ভগবান্দগী অপান্নবা থোরকপা শরুক; কলাঃ—অংশগী অংশ; পুংসঃ—পরমেশ্বর ভগবান্গী; কৃষ্ণঃ—ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণ; তু—অদুবু; ভগবান্—পরমেশ্বর ভগবান্ (লাইকোক); স্বয়ম্—মশামক; ইন্দ্রারি (ইন্দ্র-অরি)—ইন্দ্রগী য়েক্লবশিং; ব্যাকুলম্—ওৎলবা (ইন্দ্রারি-ব্যাকুলম্—ইন্দ্রগী য়েক্লবশিংনা ব্রাহল্লবা); লোকম্—গ্রহ পুম্নমক; মৃড়য়ন্তি—ঙাকপী; যুগে যুগে—যুগ যুগ খূদিংদা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মথক্তা পনখ্রবা অবতারশিংসে খরনা পরমেশ্বর ভগবান্গী অংশবতারনি অমসুং খরনা কলানি (অংশগী অংশনি)। অবতার ময়ামসিনা যুগ খূদিংদা দৈত্যশিংনা জগৎপু ৎৎলবা মতমদা জগৎপু কনবিরে। তৌইগুম্বসুং (ব্রজ নিংথৌ মপারি) শ্রীকৃষ্ণদি সাক্ষাৎ বিষ্ণুরূপতত্ত্ব মূল ভগবান্ অমুমক্নি।

নৈনবোল

শ্লোকসিদা পরমেশ্বর ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগা অবতার অতৈগা খেন্নবদু তাক্লি। মহাকপু অবতার মরক্তা শীঙচল্লি মরমদি মহাক্কী ওইজবা থিদবা থৌজাল্লা ভগবান্না মহাক্কী দিব্যধামদগী কুমথবিরকই। 'অবতার'-গী অর্থদি কুমথরকপা মহাক হায়বনি। ভগবান্গী অবতার পুম্নমক, মশামসু য়াওনা, প্রাকৃত জগৎকী লোক মখল মখাদা অমসুং মপোক জাৎ জাৎশিংদা থোইদোক থোইদোকপা থবক পাঙ-থোক্লবগীদমক অবতার তৌই।–করিগুম্বা মতমদা মহাক মশামক লেঙথরকই অমসুং। করি করিগুম্বা মতমদনা মহাক্কী অংশ, কলা অমদি শক্তি-হাপ্পবা থোইদোকপা থবক পাঙথোক্লবগীদমক প্রাকৃত জগৎতা কুমথরকই। অদিদা ভগবান্দি ভগ (লন) তরুক্তা মপুঙ ফানা তিনবনি। ভগ তরুক অমুদি ঐশ্বর্য্য, বীর্য্য, যশঃ, শ্রী, জ্ঞান, অমসুং ত্যাগ অসিনি। (ভগবান্দদি লন মখল তরুকসে পুল্লপ পুল্লপ লৈ)। ভগবান্গী অংশ-কলাশিংমা ঐশ্বর্য্যশিংসে মপুঙ ফাদবা মওংদা উৎপনা তাকপা ভগবান্গী শক্তি উৎপদো অবতার অবতারদুনা পাঙথোকদবা থবক্কী চঙগদবা অদুদা উৎপনি হায়বসি ঐখোয়না

খঙজনগদবনি। যুমগী কা অমদা বিজুলী বলব হন্দং থানন্দা পিজুলীশঙত্তুবু বলব মাংশিংনা ঙমখৈখত্রে হায়বা য়াদে। হায়রিবা বিজুলী শঙ অত্তুনা পোংথোক চাওবা কাবখানাগী দাইনামোশিং উংবা ঙম্নবা বিজুলী পীবা ঙম্মী। মতৌ অত্তুগুম্না ভগবান্গী অবতারশিংনা ঙমখৈ নাইবা শক্তি উংলৌ মরমদি অবতারগী মতমত্তুদা শক্তি অত্তুখক্তা মচঙডি।

খুদমগী মশক ওইনা হায়রগা ভগবান্ পরশুরামনা কুনমাথোইরক হন্না হায়রা ইন্দ্রবা ক্ষত্রিয়শিংবু হাংত্তুনা অঙকপা ফংবা ঐশ্বর্য উংখি, অত্তুগা মতৌ অত্তুম্না ভগবান্ নৃসিংহনা যাম্না পাঙ্গল্লবা দৈত্য হিরণ্যকশিপুবু হাংলগা মীমান্নদবা ঐশ্বর্য্য উংখি। হিরণ্যকশিপুসি কযামুক শক্তি চেল্লন্গে হায়রবু নহাক্লা মাগী পীশূমদো অসুক্তং শুক্রোল্লবপদা লোক অহৌদা লৈরিবা দেবতাশিংনা থক থক নীরম্মী। অগাবা মরোলগী লোকশিংদা লৈবা লাইশিংনা মীওইবা জাতিদগী পুন্সি শাংবদা, শক যজবদা, লন লৈবদা, অতৈ অতৈ মরম যেংলুবগসু যাম্না হেল্লিবনি। অত্তুম ওইনমক মখোযনা হিরণ্যকশিপুবু কিরম্মী। প্রাকৃত জগৎসিদা হিরণ্যকশিপু কয়ামুক পাঙ্গলবনো হায়বদো উদ্রবসু ঐগোয় ভাবনা শাগৎপা ঙম্মী। অত্তুবু হিরণ্যকশিপু যাওববু ভগবান্ নৃসিংহনা খুজিন্না হোগায়ত্তুনা মচেৎ মচেৎ শেগায়খি। মতৌ অত্তুগুম্না জামদগ্ন্যনা (পরশুরামনা) মখোয় মখোযগী রাজাশিংদা খুকন পাঙ্গন্না পাল্লগা লমহেনবা নিংথৌশিংবু হাৎপদা ভগবান্গী শক্তি উংলম্মী। ভগবান্গী শক্তি চঙবা অবতার নাবদ, অংশাবতার ববাহনা, নাকোইননা শক্তি চঙবা ভগবান্ বুদ্ধনা মীয়ামদা ধর্ম্ম উপদেশ তৌরম্মী। রাম অমসুং পরশুরামবিনা যশঃ (মিংচৎ) কৌবা ভগবান্গী ঐশ্বর্য্য উংলম্মী, অত্তুগা বলরাম, মোহিনী অমসুং বামন অবতারনা ভগবানগী শ্রী (শক যজবা) উংখি। দত্তাত্রেয়, মংস্য, কুমার অমদি কপিল অবতারনা ভগবান্গী পরমজ্ঞান উংখি। নব অমসুং নারায়ণ ঋষিনা ভগবান্গী ত্যাগ উংখি। মরমসিনা ভগবানগী অবতার মথল মথানা তোঙান তোঙানবা শক্তম উংখি, অত্তুগা মূল ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনা ভগবান্গী শক্তম পুম্ন মপুঙ ফানা উংখি। মতৌ অসুম্না শ্রীকৃষ্ণসে অবতার পুম্নমক্কী মূল কারণ অবতারীত্তুনে হায়বা চপ চানা য়াবে। শ্রীকৃষ্ণনা খ্বাইগা মান্নদবা শক্তম উংখিবদি ব্রজগোপীশিংগা লীলা শান্নবদা উংখিবা মাগী অন্তরঙ্গ শক্তি অত্তুনি। গোপীশিংগা শান্নখিবা মাগী লীলাশিংসিদি সৎ-চিৎ-আনন্দগী ওইবা লীলা ঙাক্তুনি। তৌবগীবুদি লীলাশিংত্তু যৌন-প্রেমগী মওং মাল্লী। গোপীশিংগা লোয়ননা ভগবান্না শান্নবা লীলাশিংনা থম্মোই তুবসিবু শেবান্ননা লৌফদে। ভাগবতম্না লীলাশিংসে তরাশুবা স্কন্ধদা রারী-রী। ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগা গোপীশিংগা শান্নরিবা লীলাশিংগী প্রাকৃত নত্তবা মওং অদু খঙবা ঙমনবা ফীভম যৌনবগীদমক তাল্লিবা মীতাত্তুবু ভাগবতম্না মমাঙগী স্কন্ধ মাপন অত্তু তাকুনা অসুম মথঙ মথঙ পুথৎপীরক্লি।

প্রামাণিক ওইবা মহাজনশিংগী রা লৌরগা শ্রীল জীব গোস্বামীনা হায়রা রাদি ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণদি অবতার পুম্নমক্কী মূল অবতারী অত্তুনি—হায়রসিনি। ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী থোরকফম মূল অমা লৈতে। পরম সত্য (পরতত্ত্ব) হায়রত্তুগী খুদম লক্ষণ পুম্নমক অমতা চীথদবমখৈ শ্রীকৃষ্ণদা য়াংরি। অত্তুগা ভগবদগীতাদা শ্রীভগবান্ মশামক্লা কন্না হায়খি, মত্তুদি—মঙোন্দগী হেনবা নৎত্রগা মাগা মান্নবা সত্য অমা লৈত্রে। নৈনরিবা ভাগবতম্গী শ্লোকসিদা 'স্বয়ম্' (মশামক) হায়রা শব্দসি ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী মশামক নত্তবা থোরকফম অমতা লৈতে হায়রসে চেৎশিনহন্নবগীদমক থোইদোকপা অমা ওইনা হাপ্লিবনি। মফম অতৈদা অবতারশিংসিবু মখোয়গী থোইদোকপা থবকশিংত্তুগীদমক 'ভগবান্' হায়না কৌরবসু মফম অমতদসু মখোয়বু পুরুষোত্তম পরমেশ্বর ভগবান্ হায়না মিংগৌদে। নৈনরিবা শ্লোকসিদা যাওরিবা স্বয়ং শব্দসিনা তাকপদি পরতত্ত্ব ওইবগী ভগবত্তা অত্তুনি।

পরতত্ত্ব কৃষ্ণদি অনিশুদবনি (অদ্বয়তত্ত্বনি)। মহাক মশামক্সা স্বয়ংরূপ, স্বয়ংপ্রকাশ, তদেকাত্মা, প্রাভব, বৈভব, বিলাস, অবতার, আবেশ অমসুং জীব হায়দুনা অংশ, কলা কয়া থোক্না শকউংথি। হায়রিবা অংশ কলাশিংসে মখোয় মখোয়গী ওইফম থোকপা শক্তি ময়াম কোন্নবনি। পারমার্থিক বিষয়শিংগী পণ্ডিতশিংনা পবতত্ত্ব কৃষ্ণবু মকওইবা গুণ হুম্ফু মরি চেল্লি হায়।৮ মঙোন্দগী থোকখিবা তত্ত্ব অতৈদা গুণশিংসিগী চাং হন্থে অদুগা শ্রীকৃষ্ণদি গুণশিংসিগী চামগী মন্নুংদা চামা পুল্লপকী মপূনি। মশামক্কী প্রকাশ ওইবা স্বয়ং-প্রকাশ, তদেকাত্মাদগী হৌদুনা বিষ্ণুতত্ত্ব ওইবা অবতার মথৈদি দিব্যগুণশিংসিগী চামগী মন্নুংদা মরিফুতরাহুমদোই ফাওবা লৈ। ভগবান্ শিবদি অবতারসু নত্তে আবেশসু নত্তে অদুগা অনিগী মরক্তা লৈবসু নত্তে। মঙোন্দা লৈবা গুণসে চামগী মন্নুংদা মরিফুমরি-রোমনি অদুগা ফিভম তোঙান তোঙানবদা লৈনরিবা জীবশিংদি গুণ চেনগে হায়না চেল্লবদা শক্লক চামগী মন্নুংদা হুমফুতরা-নিপাল যাওবদা চেল্লী। মায়াগী মখা পোল্লিবা জীবনা গুণশিংসে য়াম্না য়ামদনা চেল্লি, অদুগা মখোয় মখোয়গী পুণ্য মতুং ইন্না মখোয় মখোয়না চেনবা গুণদুগী চাংসু খেন্নৈ। খ্বাইদগী হেন্না মপুঙ ফাবা জীবদি ব্রহ্মাণ্ডগী কর্ত্তা মকোক ব্রহ্মানি। মহাক্তি গুণ চামগী হুমফুতরানিপাল মপুঙ ফানা চেল্লি। দেবতা অতৈসু গুণ মশিং ব্রহ্মাগা মান্নবা চেল্লি অদুবু চাংদাদি হন্থে; অদুদা মীওইবশিংগীনা য়াম্না পীকপা চাংদাদা লৈ। মীওইবা অমনা মপুঙ ফাবা জীব অমা ওইরকপগী চাংদি গুণ চামগী হুমফুতরানিপাল মপুঙ ফানা লৈবা মতমদনি। জীবনা শিব, বিষ্ণু হায়বদি কৃষ্ণগুম্না গুণ চেনবা ঙমদে। জীবনা দিব্যগুণশিংসিগী চামদা হুমফুতরানিপাল ফাওবা মপুঙ ফানা চেনখৎলক্কুনা লাইগুম্বা ওইবা য়াই, অদুগা শিব, বিষ্ণু হায়বদি কৃষ্ণগুম্বা ঈশ্বরদি ওইবা ঙমদে। মহাক মতম চারগদি ব্রহ্মা অমদি ওইবা ঙমগনি। বৈকুণ্ঠ আকাশদা লৈবা লোকশিংদা লৈবা লাইগুম্বা জীবশিংদি হবিধাম, মহেশধাম হায়বনচিংবা বৈকুণ্ঠগী লোক মখল মখাদা ভগবান্‌গী নিত্য পার্ষদ ঙাক্লি। বৈকুণ্ঠ লোক পুম্নমক্কী মথক ইথং থংবদা লৈবা ভগবান্ কৃষ্ণগী ধাম অদুবু কৃষ্ণলোকসু কৌই গোলোক বৃন্দাবনসু কৌই। মথক্তা হায়খিবা গুণশিংগী চামগী মন্নুংদা হুমফুতরানিপাল মপুঙ ফানা চেনবা ঙম্নবা সিদ্ধ পুরুষ ওইবা জীবনা মাগী হৌজিক লৈরিবা মায়িক দেহসি হুন্দোক্লবা মতুংদা কৃষ্ণলোক অদুদা চঙবা ফংঙী।

শ্লোক ২৯

**জন্ম গুহ্যং ভগবতো য এতৎ প্রয়তো নরঃ।**
**সায়ং প্রাতর্গৃণন্ ভক্ত্যা দুঃখগ্রামাদ্বিমুচ্যতে ॥২৯॥**

শব্দার্থ

জন্ম—পোকপা; গুহ্যম্—অথুপ্পা; (জন্মগুহ্যম্—অথুপ্পা মপোকপু); ভগবতঃ—ভগবান্‌গী; যঃ—কনা অমনা; এতৎ—মসি; প্রয়তঃ—চেকশিন্না হোৎনরবা; নরঃ—মীনা; সায়ম্—নুংদাংবাইরম; প্রাতঃ—অয়ুক ঙন্থা; গ্রণন্—শোন্দুনা, থীদুনা; ভক্ত্যা—ভক্তিগা লোয়ননা; দুঃখগ্রামাৎ—অৱা অনা পুম্বদগী; বিমুচ্যতে—লান্থোকই।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কনাগুম্বা মীনা চেকশিন্না (হায়বদি শুচি ওইনা) ভগবান্ শ্রীহরিগী অথুপ্পা মওংগী মপোক পোকপগী বাহু অয়ুক্তা অদুগা সন্ধ্যাদা ভক্তিগা লোয়ননা শক শোল্লবদি অৱা অনা পুম্নমক্তগী মুক্তি ফংগনি।

নৈনরোল

ভগবদ্গীতাদা পরমেশ্বর ভগবান্মক্না লাউথোকখি, মতুদি - কনাগুম্বনা ভগবান্গী দিব্য জন্ম অমসুং লীলাগী মরম খঙজববদি তাইবং থাঙপোকশঙদগী অবান থুভম ফংলবা মতুংদা ভগবান্গী নাক তান্না হুনবা য়াগনি। প্রাকৃত জগৎসিদা ভগবান্না অবতার তৌরবপগী অথুপ্পা মওংতুদা খঙবদনা খঙলিবা মীত্তুবু মায়া লাংদগী মুক্তি পীবি। মরমতুনা ভগবান্না মীময়ামগীদমক য়াইফনবা হায়তুনা উৎখিবা মাগী জন্ম অমসুং লীলাশিংসে অচম্বা নত্তে। মখোয়নি মনুঙদা অথুপ্পা ওইবা পোৎনি; অথুপ্পসিবু খঙগদববদি ভক্তি য়াওনা হীরমসি খিজিন্নবা মীতাদনি। মতৌ অসুম্না কনাগুম্বনা মায়া লাংদগী মুক্তি ফংজে। ভগবানগী অবতার ময়ানগী বা য়াওবা ভাগবতম্গী অধ্যায় অসিবু পূকচেল শেংনা অমসুং ভক্তি য়াওনা পাঠ তৌবতনা ভগবান্গী জন্ম অমসুং লীলাগী রহস্য (অথুপ্পা) খঙবা ঙমগনি হায়ন পাওতাকল্লি। 'বিমুক্তি' (অয়ান থুভম) বাহৈসিনা উৎলিবদি ভগবান্গী জন্ম অমদি লীলাশিংদি প্রাকৃত নত্তবনি (দিব্যনি) হায়বদি মীরম্লেনগী গুম্বা নত্তে। অতু নৎত্রগদি মখোয়তুবু পাঠ তৌবদনা মুক্তি ফংকম থোক্তে। মরমতুনা মখোয় বহস্তনা থনবনি; অতুগা ভক্তি যোগগী তৌকম থোকপনি হায়বা নিয়মশিংদো ঙাক্তবা মীশিংনদি ভগবান্গী জন্ম অমসুং লীলাশিংগী রহস্যতু মনুঙ থীৎনা খঙবা ঙম্মোই।

শ্লোক ৩০

**এতদ্রূপং ভগবতো হ্যরূপস্য চিদাত্মনঃ।**
**মায়াগুণৈর্বিরচিতং মহাদাভির্বিরাত্মনি ॥ ৩০ ॥**

শব্দার্থ

এতৎ—মসি; রূপম্—শক; ভগবতঃ—ভগবান্গী; হি—লেপ্পমক; অরূপস্য—প্রাকৃত মগুণ অমদি শক লৈতবা মহাক্কী; চিৎ-আত্মনঃ—চিৎকীদা ওইবা; মায়া—প্রাকৃত শক্তি; গুণৈঃ—মহতত্ত্বনচিংবা তত্ত্ব কুম্মমঙা; বিবচিতম্ শাবা; মহৎ-অদিভিঃ—প্রকৃতি ওইরকপগী মচল মহৎনচিংবনা; আত্মনি—(জীব) মশাদা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ভগবান্গী বিরাটরূপনি হায়তুনা প্রাকৃত জগত্তা থোক্লিবসি শাজনবনি। মসি বুদ্ধি বাংপা মীশিংনা ভগবান্গী রূপ (মশক) লৈ হায়বা বাখলতুগা চাশন্নবা তৌবনি। থাঙ্গৈশেংবদি ভগবান্গী প্রাকৃত রূপ লৈতে।

নৈনরোল

ভগবান্বু বিশ্বরূপ নৎত্রগা বিরাটরূপনি হায়না খনবদো ভগবান্গী অবতারশিংগা লোয়ননা পন্দুনা তাক্নে, মরমদি মথক্তা পন্দুনা হায়খিবা ভগবান্গী অবতার পূম্বা চিন্ময়নি অমসুং মখোয়গী দেহশিংদা প্রাকৃত ওইবা পোৎ অমতা য়াওদে। মায়াবদ্ধ জীবশিং দেহগা আত্মাগা খেন্নৈ অদুগা অবতারশিংসিম্নীদি দেহগা আত্মাগা চিং ঙাক্তনিনা কয়িমতা খেন্নদে। বিরাটরূপ পুথোকউবগী মরমদি অনৌবা সাধকশিংগী ইয়াংনবগীদমক্নি। মখোয়গীদমক প্রাকৃত বিরাট রূপ পুথোকপনি, ভাগবতসি স্কন্ধ অনীগুবদা ব্যাখ্যা তৌরকনি। বিরাট রূপ অসিদা প্রাকৃত লোক মথল মথাবু মহাক্কী থোঙনি,

খুৎনি হায়বনচিংবা রাখল্লা শাগৎলি। অওইবমক্তি অসিগুম্বা শকতাকশিংদো সাধক শোইনৌশিংগী-দমক্তনি। শোইনৌশিংসিদি জড় প্রকৃতিদগী হেন্দোকপা পোং অমতা উবা ফংদে। ভগবান্গী বিরাট রূপ হায়রিবসে মহাক্কী অওইবা অশেংবা রূপশিংগী মবক্তা শীংথাদে। পরমাত্মা ওইনা ভগবান্না প্রাকৃত দেহ খুদিংগী লৈ, পবমাণুশিংগী মনুংদা ফাওবা লৈ; অদুবু মপাম্বোংগী প্রাকৃত রূপ-তি রাখল্লা শাগৎ-পনি (কল্পনানি)—ভগবান্গীসু অদুগা জীবশিংগীসু। মায়াবদ্ধ জীবশিংগী হৌজিক হৌজিক লৈরিবা রূপশিংসু অওইবা অমতা নত্তে। হায়রিবা পূম্বসিদগী লোগদবা রা হায়ববু ভগবান্গী বিরাটদেহবু প্রাকৃত রূপনি হায়বসে শাজনবনি। ভগবান্সু অদুগা জীবশিংসু চিদাত্মা ওাক্তনি অমসুং মখোয় অনীমক্কী চিন্ময় দেহ আদিদগী লৈবনি।

শ্লোক ৩১

**যথা নভসি মেঘৌঘো রেণুর্বা পার্থিবোঽনিলে।**
**এবং দ্রষ্টরি দৃশ্যত্বমারোপিতমবুদ্ধিভিঃ ॥ ৩১॥**

শব্দার্থ

যথা—অদুগুম্না; নভসি—অতিয়াদা; মেঘ ওঘঃ—নোং মপৈ, রেণুঃ—উফুল; বা—নত্রগা; পার্থিবঃ—লৈবাক্কী; অনিলে—নুংশিৎতা, এবম—অদুম্না, দ্রষ্টরি—অউবা মীদা; দৃশ্যত্বম্—উবা; অরোপিতম্—থোংজল্লী; অবুদ্ধিভিঃ—বুদ্ধি রাৎপশিংনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নোংগা উফুলগবু নুংশিংনা হুমত্নুনা পুই, অদুবু বুদ্ধি রাৎপশিংনা অতিয়াবু নোংমংওে অদুগা নুংশিং উফুল চেল্লে (মোংলে) হায়না হায়। মতৌ অদুগুম্না, মখোযনা আত্মাদা প্রাকৃত দেহ লৈ হায়না থোংজল্লী।

নৈনবোল

ভগবান্দি চিৎ ওাক্তনিনা ঐখোয়গী প্রাকৃত মীৎ অমদি ইন্দ্রিয়শিংনা মহাকপু উবা ওমদে হায়বসি শ্লোকসিনা অমুক হেন্না য়াবে। জীবগী প্রাকৃত দেহমুংদা লৈবা মৈরিকমৃক্তা চাউবা আত্মাদু ফাওবা করম্না লৈ হায়বা উবা ওমদে। ঐখোয়না জীবগী হকচাংগী কুয়োমবোমদা নৎত্রগা অকপ্পা পুক্নীং-লোমদা য়েংঙী, অদুগা হকচাংমুংদা লৈৰা আত্মা মরীক অদুবুদি উবা ওমদে। মরমসিনা জীববু লৈ হায়বা তারবদা মহাক্কী অপোবা হকচাং লৈবা মবম্না হ'য়বা তাবনি। মতৌ অদুম্না ভগবান্বু হৌজিক হৌজিক লৈরিবা চুম্নগী প্রাকৃত ওইবা মীৎনা নৎত্রগা ইন্দ্রিয়শিংনা উনীংবা মীশিংদা মপাম্বোংগী চাউববা শক্তম 'বিরাট রূপ' কৌববু ধ্যান তৌদুনা য়েংগদবনি হায়না পাওতাক পীনৈ। খুদম ওইনা হায়বগা কনাগুম্বা ভদ্রলোক অমনা মহাক্কী কার গাড়ী তোংদুনা চৎপদা কারদুবুদি লাইনা উবা ফংবনিনা কারদুবু কার তোংবা মীদুনি হাযনৈ। রাষ্ট্রপতিনা মহাক্কীদমক থম্বা কারদা তোংদুনা লেংথোরকপা মতমদা রাষ্ট্রপতি চংলি আ তু' হায়না ঐখোয়না হায়। মতমদুগীদমক্তি ঐখোয়না কারদুবু রাষ্ট্রপতিনি হায়না শক তাকই। মতৌ অদুগুম্না ভগবানবু উবগী মতীক চাদবা অদুগা খুদক্তা ভগবান্বু উনীংবা বুদ্ধি রাৎপা মীশিংদা অহানবদা প্রাকৃত বিশ্ব অসিবু ভগবান্গী রূপ ন হায়না উহল্লি. তৌবগীদি ভগবান্দি প্রাকৃত জগৎকী মমুং অমসুং মপান অনিমক্তা লৈরবনি। মতাংসিদা অতিয়াদা পাইরিবা লৈচিন নোংযাইগা অতিয়াগী মচু অশংবগা অনিবু অমুক হেন্না থংবা ওমগনি। অতিয়াগী অশংবা মচুগা অতিয়া মশামক্তা খেল্লরবসু ঐখোয়না অতিয়াগী অশংবা মচু অমা লৈ হায়না খল্লী। অদুবু মলিগুম্বা রাখলসে খংদবা মীশিংগী রাখলনি।

শ্লোক ৩২

**অতঃ পরং যদব্যক্তমব্যূঢ়গুণবৃংহিতম্ ।
অদৃষ্টাশ্রুতবস্তুত্বাৎ স জীবো যৎ পুনর্ভবঃ॥ ৩২॥**

শব্দার্থ

অতঃ—মসি; পরম্—রাংমদা; (অতঃপরম্—মসিদগী ত.তোপ্পা ; যৎ—মদু; অব্যক্তম্- ফোংদবা; অব্যূঢ়—মওং নাইদবা; গুণবৃংহিতম্—গুণশিংনা ওইরকপা; (অব্যূঢ়গুণবৃংহিতম্—খোঙ খুংনচিংবা পান্দবা, থোইদোকপা মওং নাইদবা); অদৃষ্ট—উদবা; অশ্রুত—নাকোংনা তাদ্রিবা; বস্তুত্বাৎ—মদুগুম ওইবনা; (অদৃষ্টাশ্রুতবস্তুত্বাৎ—মওং নাইদবনা উবা যংদবা অদুগা মাগী মরমদা কনাগুম্বা অমদগী নাকোংনা তাদবা মরম্না ; সঃ—মদু; জীবঃ—জীব; যৎ—মদু; পুনঃ-ভবঃ—হন্না হন্না পোকই।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অপোবা প্রাকৃত জগৎ রূপ অসিদগী তোঙানবা অকুপ্পা (সূক্ষ্ম) রূপ অদুগা থোইদোকপা মওং নাইবদৌনা নাইবদি নত্তবা অমা লৈ; মদু মীৎনা উবা যংদে (ত.দৃষ্টনি) অদুগা নাকোংনা তাবা ফংদে (অশ্রুতনি) অমসুং ফোংদবনি (অব্যক্তনি)। সূক্ষ্ম ওইবসি নত্তবা রূপ অমা জীবশিংগী লৈ, অদু নত্রগদি মখোয় হন্না হন্না পোক্লগ্লোই।

নৈনরোল

অপোবা বিশ্বরূপ অসিবু ভগবানগী হকচাংনি হায়না খনবগুম্না মহাক্কী অকুপ্পা রূপ অমা লৈ হায়নসু থম্লে। মাগী সূক্ষ্ম রূপ অসিবু মীৎনা উদবসু নাকোংনা তাদ্রবসু অদুগা ফোংদোক্রবসু উপলব্ধি মতৌনৈ। তশেংবদি অপোবা অকুপ্পা হকচাং লৈ হায়না খনবসে জীবশিংগী মতাঙদনি। জীবগী অপোবা প্রাকৃত দেহ অদুগা অকুপ্পা লিঙ্গশরীরগী রাংমদা দিব্য ওইবা মওং (Spiritual form) অমা লৈ। জীবনা মাগী অপোবা হকচাংদুবু হেক থাদোকপগা মাগী অপোবা হকচাংগী অমসুং পূর্ক্লীংগী থবক পূম্নমক লেপ্পী। তশেংনা হায়রগদি, জীবদু চৎত্রে হায়না ঐখোয়না হায়, মরমদি মহাকপু উত্রে অদুগা মাবু নাকোংনা তাবা ফংদ্রে। জীবনা নিংথিনা তুম্বা মতমদা মহাক্কী অপোবা হকচাং থবক তৌবা লেপ্পী, মতমদুদা ফাওবা মহাক্কী স্বর-হোন তারগা মহাক মাগী হকচাংদুংদা লৈরি হায়বা ঐখোয় খল্লী। মরমসিনা জীবনা মাগী হকচাংদগী চৎখোকপনা শিদবা আত্মা লৈতে হায়বা নত্তে। আত্মাদি লৈরিবনি, নত্রগদি মহাক করম্না হন্না হন্না পোক্কনি?

মসিনা তাবা রাফমদি ভগবানদি মহাক্কী দিব্য রূপ অদুদা নিত্য (মতম পূম্বগী) ওইনা লৈ, মাগী রূপসে জীবগী অপোবা অমদি অকুপ্পা দেহ অদুগুম্বা অমতা নত্তে। ভগবানগী দেহবু জীবগী অপোবা অদুগা অকুপ্পা দেহগা চাংদম্নবা কদৌঙৈদসু য়াদে। ভগবানগী দেহ মখল কয়া পুথোক্লরিবদো শাজনবা ঙাক্কনি। জীবগী নিত্য দিব্য (প্রাকৃত নত্তবা) রূপ অমা লৈ, মদু প্রাকৃত গুণশিংনা মোৎহনবা মরম্না মায়াগী মখা পোনবনি।

শ্লোক ৩৩

**যত্রেমে সদসদ্রূপে প্রতিষিদ্ধে স্বসংবিদা।
অবিদ্যয়াত্মনি কৃতে ইতি তদ্ব্রহ্মদর্শনম্ ॥ ৩৩॥**

### শব্দার্থ

যত্র—মতমতুদা; ইমে—মখোয় পূম্বসিদা; সৎ-অসৎ—অপোবা, অকুপ্পা (স্থূল, সূক্ষ্ম); রূপে—মওংদা; প্রতিষিদ্ধে—লৌত্রবদা; স্বসম্বিদা—স্বরূপ (মশক) খঙহুনা; অবিদ্যয়া—অবিদ্যানা (খঙদবনা); আত্মনি—পরমাত্মাদা; কৃতে—থোংজন্নিবা; ইতি—অসুম্না; তৎ—মতুনি; ব্রহ্মদর্শনম্—ব্রহ্ম উবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

আত্মাগা অপো-অকুপ হকচাঙগা মরি লৈনদে হায়বসি, কনাগুম্বা মীন। আত্মা উপলব্ধি তৌহুনা, হেক খঙলকপা মতমদা মহাক্না মশাবু অমসুং ভগবানবু উগনি।

### নৈনরোল

আত্মা উপলব্ধিগা (আত্মাবু উবা) প্রাকৃত মায়াগা খেন্নবদি স্থূল অমসুং সূক্ষ্ম দেহ ওইনা প্রাকৃত শক্তিনা (বহিরঙ্গা শক্তিনা) থোংজনবদি আত্মাবু কুপ্পা মপাম্থোংগী কুয়োমনি হায়বসি খঙবা অতুনি। খঙদবা মরম্না (অবিদ্যানা মবম ওইবনা) মপাম্থোংগী কুয়োম্না কুপ্পসি ওইরিবনি। অসুম্না ভগবানবুদি কদৌঙেদসু কুপ্পা য়াদে। মসিবু থাজবগা লোয়নন্না খঙববু মুক্তি (অরান খুভম) কৌই নৎত্রগা পর-তত্ত্ববু উবা কৌই। মসিগী অর্থদি বিশুদ্ধ পাবমার্থিক জীবন লেনবতনা মপুঙফাবা আত্মা উপলব্ধি ওইথোকই। আত্মা উপলব্ধি তৌবা হায়ববু স্থূল অমদি সূক্ষ্ম দেহগীদমক চঙগদবা পোৎলম থৌরম্সু থৌশারক্তবা অতুগা আত্মাগীদমক তৌবা থবক্তা থরায় চাননা য়াওবা হায়ববনি। জীবনা থবক তৌনীঙবা পোকপদি আত্মাদগী পোকপনি, অতুবু অসিগুম্বা থবকশিংনা জীববু মানা আত্মাগী স্বরূপ অশেঙবা খঙদবদগী, শেরান্নবা পুই। খঙদবসিনা আত্মাগী স্বার্থ হায়রগা স্থূল অমসুং সূক্ষ্ম শরীর (হকচাঙ) অসিগী ওইনা লৌবনা পুন্সি খুদিংগী থবক পূম্বা পূম্নাঙ মাঙঙী। অতুম ওইনমক মরম চপ-চানা নৈনহুনা কনাগুম্বনা আত্মাবু থেংনরবা মতমদগী আত্মাগী থবকশিংদো হৌই। মরমতুনা আত্মাগী থবকশিংদা চঙলবা মীবু জীবন-মুক্ত মায়াগী পুন্সিনুংদা লৈনা লৈনা অরান খুভম ফংলবা কৌই।

আত্মা উপলব্ধিগী মপুঙ ফাবা ফীভমসে খুৎশেমগী উপায়না ফংবা য়াদে, অতুবু মতম পুম্বদা চিন্ময় ওইবা ভগবান্গী খুয়া থম্বান্দা চঙজরগদা ফংগদবনি। ভগবদ্গীতাদা ভগবানন্না হায়—মহাক মী পুম্নমক্কী থম্মোয়নুংদা লৈ অতুগা মঙোন্দগী জ্ঞান পূম্বা, স্মৃতি (নীঙশিংবা) পূম্বা অতুগা অপোহনম্ (অকাউবা) পূম্বা থোরকপনি। জীবনা প্রাকৃত শক্তিবু ভোগ তৌনীংবা মতমদা ভগবানন্না জীববু অকাউ লাই চুহল্লি, অতুগা মতৌ অসুম্না মাগী স্থূল শরীরবু অমসুং সূক্ষ্ম মন-বু মা মশানি (আত্মানি) হায়না শেরান্নবা হায়জৈ। পারমার্থিক জ্ঞান চর্চ্চা তৌহুনা জীবনা অকাউ-লাই চুবদগী কনবিয়ু হায়না ভগবানদা খুরুমজবা মতমদা ভগবান্না মমল য়াওদবা থৌজাল্না জীববু কুপ্পা মায়া-মুথল হাইদোকপী, অতুম তৌরবদা জীবনা মাগী মশাবু (আত্মাবু) খঙজৈ। মতুদগীদি মহাক মহাক্কী নিত্য-স্বরূপতা লৈহুনা মশাবু ভগবান্গী সেবাদা কৎথোকচরে অতুগা মায়াবদ্ধ জীবন অতুদগীসু লাম্থোকপা ঙম্মে। মসি পুম্নমক ভগবান্না মাগী বহিরঙ্গা শক্তি শীজিন্নহুনা নত্রগা অন্তরঙ্গা শক্তি শীজিন্নহুনা পাঙথোকই।

শ্লোক ৩৪

**যদ্যেষোপরতা দেবী মায়া বৈশারদী মতিঃ।**
**সম্পন্ন এবেতি বিদুর্মহিম্নি স্বে মহীয়তে ॥ ৩৪ ॥**

শব্দার্থ

যদি—বদি, অদুম ওইনমক; এষা—মসি; উপরতা-ইহন চারবা; দেবী মায়া—মায়া শক্তি; বৈশারদী—জ্ঞান লৈরবা; মতিঃ—বুদ্ধি; সম্পন্নঃ লৈরবা; এব—লেপ্পমক; ইতি—অস্মুয়া; বিদুঃ—খঙদুনা; মহিম্নি—মতীক মগুণদা পরমানন্দ স্বরূপতা; স্বে—মশাগী; মহীয়তে-ভাস্নোই।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মায়া শক্তিনা হন্দোকখ্রবদি অদুগা ভগবান্‌গী কৃপাদগী জীবনা জ্ঞান লৈবা ওইবদা মপুঙ ফারবদি মহাক খুদক্তা আত্মা উপলব্ধি ফংলদুনা মহাক্কী পরমানন্দ স্বরূপ (খমথেংনা মুংভাইবা মশক) অদুদা ভাস্নোইদুনা লৈ।

নৈনরোল

ভগবান্‌দি চিন্ময় পরতত্ত্বনিনা মহাক্কী রূপ পুম্নমক, মিং পুম্নমক, লীলা পুম্নমক, গুণ পুম্নমক, পার্ষদ পুম্নমক অদুগা শক্তি পুম্নমক মহাক্তা অমতনি। মহাক্কী দিব্য শক্তিনা মাগী সর্ব্ব শক্তিমান্ ওইবগী মতুং ইন্না থবক তৌই। হায়রিবা শক্তিসিমক্তা মহাক্কী বহিরঙ্গা, অন্তরঙ্গা অমদি তটস্থ শক্তি ওইনা থবক তৌই অদুগা মহাক্তি সর্ব্বশক্তিমান্ (শক্তি পুম্নমক চেনবা) ওইবা মরম্মা মথক্কী শক্তি জাৎ ময়ামসিনা থোঙ ওইরগা মানা তৌনীংবা থবক খুদিংমক তৌই। মাগী বহিরঙ্গা শক্তিবু অন্তরঙ্গা শক্তি ওইহনবসু মহাক ভম্মী মানবু নিঙলবদি। মরমদুনা বহিরঙ্গা শক্তিবু পাল্লিবা জীবশিংবু শুমহৎপদা শীজন্নবা ভগবান্‌গী শক্তিসি ভগবান্‌গী কৃপাদগী জীবনা অনুতাপ (তুংদা মুংভাইতদুনা চাকপা মৈচাক) অদুগা প্রায়শ্চিত তৌরকপগী মতুং ইন্না ভগবান্‌গী ইচ্ছাদগী হন্দোকই। হায়রিবা শক্তিসিমক্তা পূকচেল মক্ত্রবা জীবনা আত্মানুভূতিগী লম্বী পাংবদা সহায়দুম ওইরকই। মতাঙসিদা বিজুলি শক্তিবু খুদম ওইনা পীবদা মতীক চপ চায়। অহৈবা বিজুলি শেস্বা মীনা বিজুলি শক্তিবু পোৎ শাহনবদা অমদি ইঙহনবদা শেমদোক শেমজিন তৌদুনা শীজন্নৈ। মতৌ অদুগুম্না জীববু শুমহৎতুনা পোকপা শিবা তৌহল্লিবা বহিরঙ্গা শক্তিসে জীববু নিত্য ওইবা জীবন ফংবগীদমক লমজিংবদা ভগবান্‌গী ইচ্ছানা অন্তরঙ্গা শক্তি ওলহল্লি। মতৌ অস্মুয়া জীব অমবু ভগবান্‌না চানবিবা মতমদা জীবদুবু সচ্চিদানন্দময় জীবন ফংবা য়ানবা মাগী স্বরূপ অশেঙবদা থম্মী।

শ্লোক ৩৫

**এবং জন্মানি কর্ম্মাণি হ্যকর্ত্তুরজনস্য চ।**
**বর্ণয়ন্তি স্ম কবয়ো বেদগুহ্যানি হৃৎপতেঃ ॥ ৩৫ ॥**

শব্দার্থ

এবম্—মতৌ অস্মুম; জন্মানি—পোকপা; কর্ম্মাণি—থবকশিং; হি—লেপ্পমক; অকর্ত্তু—থবক তৌদবা মাগী; অজনস্য—পোক্তবা মাগী; চ—অমসুং; বর্ণয়ন্তি স্ম—বর্ণনা তৌখি (হায়রিনখি); কবয়ঃ—কবিশিংনা (অখণ্ড অহৈশিংনা); বেদগুহ্যানি—বেদশিংনা পুথোকপা ভমদ্রবা; হৃৎপতেঃ—থম্মোই মপু ভগবান্‌গী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতৌ অসুম্না অখণ্ড-অহৈশিংনা পোক্তবা অমদি থবক তৌদবা অদুগা বেদশিংনফাওবা পুথোক-ঙমদ্রবা মহাক অদুগী মপোকশিং অমদি লীলাশিংবু বর্ণনা তৌরম্মী মহাক্তো থম্মোয় মপু ভগবাননি।

নৈনরোল

ভগবান্ অমসুং জীবাত্মাশিংসে মরুদদি চিং ঙাক্তনি। মরমদুনা মখোয় অনীমক নিত্যনি, অদুগা মখোয়নীমক পোকপা শিবা নাইদে। খেন্নবা হায়ববু ভগবান্গী আবির্ভাব (পোকপা) অমদি তিরোভাবশিংসে (থ্ংগ্না হায়বসে) জীবশিংগীগা মান্নদে। পোক্লগা অমুক শিরিবা জীবশিংসে জড় প্রকৃতিগী নিয়ম্না পুল্লি। অদুগা ভগবানগী আবির্ভাব তিবোভাবনি হায়বিবশিংসে জড় প্রকৃতিনা ওইহনবা নত্তে। মাগী পোকপা থ্ংগ্না হায়বসিদি মহাক্কী অন্তবঙ্গা শক্তিনা উৎপনি। আত্মা উপলব্ধিগীদমক অচৌবা ঋষিশিংনা ভগবান্গী আবির্ভাব-তিবোভাবশিংবু বর্ণনা তৌই। ভগবান্না মহাক্কী জন্মকর্মদি লোইনমক দিব্যনি (প্রাকৃত নত্তবনি) হায়না ভগবদ্গীতাদা হাযবি। ভগবান্গী লীলাসিগুম্ববু খন্দুনা লৈবতনসু ব্রহ্ম-অনুভূতি ফংদুনা মায়া লাংদগী মুক্তি ফংঙী। পোক্তবনা পোকপা মাল্লি হায়না শ্রুতিশিংদা হাযরি। ভগবান্গীদি থবক তৌনীঙাই কবিসু লৈতে, অদুবু মহাক্তি মফম পুম্নমক্তা শীন্থুংনা লৈবনিনা থবক খুদিংমক লন্নাই তৌবগুম্না মহারা তৌবা হায়বসে মশানা তাবনি। তশেংবদি ভগবান্ আবির্ভাব (পোকপা) অমদি তিবোভাব (থ্ংগ্না) তৌবদি অদুগা মহাক্কী লীলা মথল মখাশিংদি রহস্যময়নি (অথ্ংগ্ননি)। কবি হায়নি বেদশিংগী মফমদ-ফাওবা থ্ংগ্নী। অদুম ওইনমক ভগবাননা মায়াবদ্ধ জীবশিংবু চানবীগে হায়বগীদমক মহাক্কী লীলাশিংদো উৎলি। ঐখোয়না ভগবান্গী লীলাশিংগী বর্ণনা শ্রবণ তৌনবগী সুবিধা মতম পুম্নমক্তা লৌগদবনি, লীলা শ্রবণ তৌবদি খ্বাইদগী খুদোংচাবা অমসুং মুংঙাইবা মওংদা ব্রহ্মবু ধ্যান তৌবনি।

শ্লোক ৩৬

**স বা ইদং বিশ্বমমোঘলীলঃ**
**সৃজত্যবত্যত্তি ন সজ্জতেঽস্মিন্।**
**ভূতেষু চান্তর্হিত আত্মতন্ত্রঃ**
**ষাড়্বর্গিকং জিঘ্রতি ষড়্গুণেশঃ ॥ ৩৬ ॥**

শব্দার্থ

সঃ—মহাক (পরমেশ্বর ভগবান্); বা—নৎত্রগা; ইদম্—মসি; বিশ্বম্- বিশ্বব্রহ্মাণ্ড ময়াম, অমোঘ লীলঃ—অরেম্বা নত্তবা লীলানা মাগী ওইবা অদুগুম্বা মহাক; সৃজতি—সৃষ্টি তৌই; অবতি—পালন তৌই; অত্তি—মাঙহল্লি (প্রলয় তৌই); ন—নত্তে; সজ্জতে -নপ্নি (আসক্ত ওই); (ন সজ্জতে—আসক্ত ওইদে); অস্মিন্—মখোয়দুদা; ভূতেষু—জীবশিংদা; চ—অমসুং; অন্তর্হিতঃ—মনুংদা লৈদুনা; আত্মতন্ত্রঃ—মনীঙ তম্বা; ষাট-বর্গিকম্—ইন্দ্রিয় তরুক্কী বিষয় অপাম্বা পুম্বা লৌরিবা; জিঘ্রতি—মনম নম্মী (লৌই); ষটগুণেশঃ—গুণ তরুক্কী মপু।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মীওইবগী নত্তবা লীলা শাম্নবা ভগবান্ বিষ্ণুনা বিশ্ব অসি সৃষ্টি তৌই, পালন তৌই অদুগা প্রলয় তৌই। মহাক্না জীব পুম্নমক্কী মনুঙদা অন্তর্যামি ওইনা ঙাম্থোইরি অদুনা তোঙান্তানা লৈদুনা ইন্দ্রিয় তরুক্কী বিষয় (অপাম্বা) পুম্বা মনম লৌবগুম্না শম্নৈ, অদুবু ইন্দ্রিয় তরুক্কী মপু ওইবা ভগবান্দি থবক পুম্নমকসিদা থরাই হকচন্দে (আসক্ত ওইদে)।

নৈনরোল

ভগবান্‌গা জীবশিংগা থেন্নবদি অসিনি মথুদি—ভগবান্‌না জীব শেম্বনি (সৃষ্টি কর্ত্তানি) অদুগা জীববুনা ভগবান্‌না শেম্বনি (সৃষ্টিনি)। মফমসিদা ভগবান্‌বু 'অমোঘলীলঃ' হায়না কৌরি; মসিনা তাকপদি ভগবান্‌গী সৃষ্টিদা বরুঙাই করিমতা য়াওদে। মাগী সৃষ্টিসিদা অকায়বা থোকইন্নবা তৌরিবা মীশিংগী অকায়বতা ওই। ৬হাক্তি প্রাবৃত ওইবা অয়াবা পুম্বগী ৱাংমদা লৈ মরমদি মহাক ভগ (লন) তরুক্কী হায়বদি ঐশ্বর্য্য (লন), বীর্য্য (থৌনা), যশঃ (মিংচৎ), শ্রী (শকফজবা), জ্ঞান (খঙবা) অমসুং ত্যাগ (থাদোকপা) হায়বসিগী মপুঙ ফাবা মপু ওইবি। মতৌ অসুম্না মহাক ইন্দ্রিয়শিংগী মপুনি। বিশ্বজগৎসিদা মৈচাক অহুম্না চাক্লুনা লৈরিবা জীবশিংবু লৌখৎপীগে হায়দুনা মহাক্না বিশ্ব ময়ামসে সৃষ্টি তৌই, পালন তৌই অদুগা প্রলয় তৌই। অদুগা থবকশিংসিদা মহাক আসক্ত ওইদে। মনম চেনবা পোংকা শম্নবা তৌত্রগা মনম লৌবগুম্না ভগবানদি জগৎ সৃষ্টিগা হায়ফেৎতমক সম্বন্ধ লৈবনি। মরমদুনা দিব্য-নত্তবা পোৎনা লক্ষ্য তৌদুনসু মহাক্কী নাক চঙবা ঙমদে।

শ্লোক ৩৭

**ন চাস্য কশ্চিন্নিপুণেন ধাতু-**
**রবৈতি জন্তুঃ কুমনীষ উতীঃ।**
**নামানি রূপাণি মনোবচোভিঃ**
**সন্তন্বতো নটচর্য্যামিবাজ্ঞঃ॥ ৩৭॥**

শব্দার্থ

ন—নত্তে; চ—অমসুং; অস্য—মহাক্কী (ঈশ্বরগী); কশ্চিৎ—কনা অমনা; নিপুণেন—হৈশিংনা; ধাতুঃ—বিধাতাগী (লৈশেম্বগী); অবৈতি—খঙবা ঙম্মী; জন্তুঃ—জীবনা; কুমনীষঃ—বুদ্ধি-ফত্তবা; উতীঃ—ভগবান্‌গী লীলাশিং (থবকশিং); নামানি—মমিংশিং; রূপাণি—মশক ময়াম; মনঃ-বচোভিঃ—পুক্লীংনা অমসুং ৱাহৈনা; সন্তন্বতঃ—শন্দোক্লুনা নক্লগা উৎতুনা; নটচর্য্যাম্—লীলা থোকপা মীগী ইঙ্গিত; ইব—গুম্না; অজ্ঞঃ—অপঙবনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নাট্যমঞ্চদা লীলা থোকপা মীনা তৌবগুম তৌরিবা ভগবান্‌গী মিং ময়ামগী, শক ময়ামগী অমদি থবক (লীলা) ময়ামগী দিব্য ওইবা মতৌদু বুদ্ধি ৱাৎপা মীশিংনা খঙবা ঙমদে। অদুগা মখোয়না ভগবান্‌গী অসিগুম্বা মরমশিংসে পুক্লীংনসু খনবা থোক্তে অদুগা ৱাহৈনসু ফোঙদোকপা ঙমদে।

নৈনরোল

কনাগুম্বা অমতনা পরম-সত্য হায়বদি পরতত্ত্ব ভগবান্‌গী দিব্য-স্বরূপ অদুবু খঙবা ঙমদে। মরমদুনা পরতত্ত্বসে মীওইবগী পুক্লীং অমসুং ৱাহৈনা ফোঙদোকপা ঙমদে। অদুম ওইনমক মখোয় মখোয়গী মপুঙ ফাদবা পুক্লীং ৱাখল্লা অদুগা ভগবান্‌গী লীলাবু শোয়ডাও ডাওদুনা পরতত্ত্ব ভগবান্‌বু খঙজনীংবা বুদ্ধি থেনবা মী খরসু মরৈরি। খঙদবা চুম্নগী মীতাদদি ভগবান্‌গী লীলাশিং, আবির্ভাব, তিরোভাব, মমিং ময়াম, মশক ময়াম, মাগী ধাম ময়াম অদুগা মাগা মরী লৈনবা পোৎ খিবিক অথুপ্পা ডাক্তনি। থবক্কী মহৈ চানীংবা কর্ম্মী হায়বা অমা অদুগা মায়াবাদী দার্শনিক হায়বা অমা সংসারী মখল অনীথক

কর্ম্মীশিংদি পরতত্ত্বগী ৱা করিমতা খঙদে, অদুগা মায়াবাদীশিংনা কর্ম্ম তৌরুরগা নীংবা কায়হনা হুম্বরকপা মতমদা পরতত্ত্বগী মায়কৈরোমদা মমায় ওনশল্লরুগা ৱাখন্না শাগৎতুনা ভগবান্‌বু খঙনবা হোৎনৈ। মীতাশিংসিগী মফমদদি পরতত্ত্বসি অঙাঙশিংগী মফমদা মীয়ুং-ৱালাগী মীৎত্রংগী মরম থ্‌ম্প্ৰগুম থ্‌পতুনা লৈ। ভগবান্‌গী মীৎত্রংনা চমন্নহনবা মবগ্না ভক্ত নত্তবা মীতাশিংসে থবক ফনা হৈহুনস্ত অদুগা ৱাখন শাগৎপা ফনা ওন্নবস্থ মতম পুম্বদা অদুম খঙদবা ওইহুনা লৈ। অসুম্না খঙবা য়োদবনা পরতত্ত্বগী রহস্য (অথ্‌প্রহু) য়োনা খঙদে। মায়াবাদী জ্ঞানীশিংনা মপং-ফংনা পঙলবা সংসারী হায়বদি সকাম কর্ম্মীশিংদগী চাওখৎপা খজিঙ্গুংদি হেল্লি, অদুবু মখোয়সু মায়ানা থুহুম চল্লিবনিনা করিগুম্বা পোৎ অমগী শক, মিং, অমদি থবক লৈরবদি পোৎ অদু প্রাকৃত শক্তিদগী থোরকপনি হায়না লৌই। পরমেশ্বর ভগবান্ শরুাইদে, মমিং লৈতে অদুগা থবক তৌদে হায়না মখোয়না লৌই। অসিগুম্বা মায়াবাদীশিংনা ভগবান্‌গী দিবা ওইবা নাম অমসুং রূপ অদুবু মীবয়েনগী নাম রূপকা মান্নে হায়না লৌবা মরম্না মখোয়সু তশেংনমক খঙদবা হায়বনি। অসুম্না বুদ্ধি ৱাংপা মবন্না পবমেশ্বর ভগবান্‌গী অশেঙবা স্বভাবপু খঙবা ঙমদে। ভগবদগীতানা হায়বা মতুং ইন্না মহাক প্রাকৃত জগৎতা লৈবা মতমদসু অদুম মাগী দিবা ভাবতা লৈ। অদুবু খঙদবা মীশিংনা ভগবান্‌বু পৃথিবীগী অচৌবা মী অমনি হায়না খল্লি, মসুন্না মখোয়বু ভগবান্‌গী মাযানা শেবান্ননা পুহুনা চৎলি।

শ্লোক ৩৮

**স বেদ ধাতুঃ পদবীং পরস্য দুরন্তবীর্য্যস্য রথাঙ্গপাণেঃ।**
**যোঽমায়য়া সন্ততয়ানুবৃত্ত্যা ভজেত তৎপাদসরোজগন্ধম্ ॥ ৩৮ ॥**

শব্দার্থ

সঃ—মহাক্তমক; বেদ—খঙবা ঙম্মী; ধাতুঃ—বিধাতাগী; পদবীম্—মাহাত্ম্যবু; পরস্য—পুঙথোই থোইবা মহাক্কী; দুরন্তবীর্য্যস্য- য়াম্না থৌনা ফরিবা মাগী; রথ-অঙ্গ-পাণেঃ—চক্র পায়বা শ্রীকৃষ্ণগী, যঃ—মীহুনা; অমায়য়া—লৌথুপ লৌকোয় নাইদবা; সন্ততয়া—অতৎ অথম নাইদবমখৈ; অনুবৃত্ত্যা —ওইবা য়াননবা; ভজেত—সেবা তৌই; তৎপাদ—মখোঙগী; সরোজগন্ধম্—থম্বানগী মুংশিবা মনন; (তৎপাদসরোজগন্ধম্—ভগবান্‌গী খোঙ-থম্বানগী মনম্বু)।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অতৎ-অথম নাইদবমখৈ, পুক্নীং লোঙদবমখৈ অদুগা ওইবা য়ানবা মওংদা চক্র পায়বা ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী খোঙ-থম্বানগী মনম্বু ভজন তৌরিবা মী অদুনা বিশ্বব্রহ্মাণ্ড শেম্বা পরমেশ্বর বিধাতাগী মাহাত্ম্য খঙবা ঙমগনি।

নৈনরোল

মক্তবা ভক্তশিংতনা কর্ম্মফল অমসুং মায়াবাদগী পুমলাল লাম্থোক্লবনিনা ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী দিব্য ওইবা নাম, রূপ অমদি লীলাগী মরোল খঙবা ঙমগনি। মক্তবা ভক্তশিংদি তশেংবা ভগবদ্-সেবাদগী মশাগী ওইজবা ফংনঙাই করিমতা লৈতে। মখোয়না ইলেপ লেপুবমখৈ তৌনীংবা অমা য়াওনা করিমতা থাক্তবমখৈ ভগবান্‌গী সেবা তৌই। ভগবান্‌গী সৃষ্টিসুংদা লৈরিবা বুদিংমক অপায়না খঙদে নাকোইনমা খঙদে ভগবান্‌গী সেবা তৌই। ভগবান্‌গী নিয়ম অসিদগী কনাম্বতা লীংথোকপা য়াদে। নাকোইননা সেবা তৌবা মীতাশিংবু ভগবান্‌গী মায়ানা নমহৎতুনা তৌহনবদগী

মখোয়না ভগবান্গী সেবা তৌবদি ওইবা য়াননবা মওংদা ( অনুকূল ওইনা ) তৌদে। অদুগা ভগবান্গী অচানবা প্রতিনিধি অমনা তাকপী তীকপীরগা ভগবান্বু অপান্নানা সেবা তৌবা কাঙবুদি ওইবা য়াননবা মওংদা তৌই। তসিগুম্না অনুকূল সেবা তৌবা মীশিংদি ভগবান্গী ভক্তনি অদুগা ভগবান্গী কৃপানা ভক্তশিংনা পরতত্ত্বগী রহস্য খঙই। মায়াবাদীশিংদি মতম পুম্বদা মমত্থনতা লৈয়ে। ভগবান্বু মুংশিবদগী অতৎ-অখম নাইদনা ভগবদ্ সেবা তৌবা মরম্না বিশুদ্ধ ভক্ত ওইবা মখোয়সিবু ভগবান্গী লম্বী তান্না লমজীংবি। ভক্তগী শাজংসিনি ভগবান্গী রাজ্যদা চঙনবা পাম্বৈদি। সকাম কর্ম্ম অমদি মায়াবাদগী জ্ঞান অনীসিনা ভগবান্গী নাক তান্না চঙনবা অধিকার ফংবা য়াদে।

শ্লোক ৩৯

**অথেহ ধন্যা ভগবন্ত ইত্থং যদ্বাসুদেবেঽখিললোকনাথে।**
**কুর্ব্বন্তি সর্ব্বাত্মকমাত্মভাবং ন যত্র ভূয়ঃ পরিবর্ত্ত উগ্রঃ॥ ৩৯॥**

শব্দার্থ

অথ—মরমসিনা; ইহ—জগৎসিদা; ধন্যা—মহৈয়াল্লে; ভগবন্তঃ—পূঙখঙ খঙবশা; ইত্থম্—অসুম্না, (মমাঙদা হংখিবা রাহংশিংনা); যৎ—মদু; বাসুদেবে—ভগবান্দা; অখিল—অপুম্বা; লোকনাথে—লোকশিংগী মপুদা; (অখিললোকনাথে—লোক পুম্বগী মপুদা); কুর্ব্বন্তি—ওইহল্লি, থৌজল্লী; সর্ব্ব-আত্মকম্—অমতা চিংখদবমখৈ; আত্ম—পূকচেল; ভাবম্—মওং; (আত্মভাবম্—পুক্নীংগী মওং); যত্র—মদুদা; ভূয়ঃ—অমুকহন্না; পরিবর্ত্তঃ—হঙ্গৎহন্দা; উগ্রঃ—অকিবগী মশক ওইবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে ভগবান্গী তত্ত্ব খঙবশা, নখোয়দি জগৎসিদা মহৈয়াল্লবনি (ধন্যনি), মরমদি নখোয়গী রাহং পুম্বনা তাকপদি ভুবন মরোল পুম্নমক্কী মপু ওইবা পরমেশ্বর ভগবান্দা নপুক্নীং পুঙলৈ লৈশিল্লে হায়বা তাল্লি। অসিগুম্না লেঙদবা পূকচেল চেল্লবদি অকিবগী মশক ওইবা হনজন হনজন পোকপা শিবা হায়বসে ওইদে।

নৈনরোল

সৌনকনচিংবা ঋষিশিংগী রাহংশিংসে পারমার্থিক ওইবা মরম্না সূত গোস্বামীনা শ্লোকসিদা থাগৎলি। মাগী ভক্তশিংতনা ভগবান্বু নীংখিনা খঙই অদুগা অতৈ অতোপ্পদি কন্নিমতা মহাকপু খঙবা ঙমদে হায়না বারোইশনপ্রবনিনা ভক্তশিংদি মপুঙ ফানা ভগবত্তত্ত্ব খঙই। পরতত্ত্বগী রাক্ষদি পরমেশ্বর ভগবান্না লোইরে মথা তানিঙাই লৈত্রে। নিরাকার (শক্লাইদবা) ব্রহ্ম অমসুং পরমাত্মাগী রাসু পরমেশ্বর ভগবানগী জ্ঞান মসুং চনবনি। মরমদুনা পরমেশ্বর ভগবানবু খঙবা মীদি অদুম মশানা ভগবানগী রা পুম্বা, মহাকী শক্তি পুম্বা অদুগা মঙোন্দগী থোকপা বিলাস-প্রকাশনচিংবা অবতারগী রা পুম্বা খঙবা ঙম্মী। মরমসিনা ভক্তশিংদি মহৈ য়াল্লবনি (ধন্যনি) হায়না থাগৎলবনি। ভগবানগী মপুঙ ফাবা ভক্তদি অকিবগী মশক ওইবা হনজন হনজন পোকপা শিবা হায়বা অরাবদু ফংদ্রে।

শ্লোক ৪০

**ইদং ভাগবতং নাম পুরাণং ব্রহ্মসম্মিতম্।**
**উত্তমশ্লোকচরিতং চকার ভগবানৃষিঃ।**
**নিঃশ্রেয়সায় লোকস্য ধন্যং স্বস্ত্যয়নং মহৎ ॥ ৪০ ॥**

শব্দার্থ

ইদম্—মসি; ভাগবতম্—পরমেশ্বর ভগবান্ অমসুং মহাক্কী বিশুদ্ধভক্তশিংগী ৱারী য়াওবা লাইরিক; নামম্—কৌবা; পুরাণম্—পুরাণ (বেদদা মেনশিনবা); ব্রহ্মসম্মিতম—ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী অবতার (বেদ পুম্বগা মান্নবা); উত্তমশ্লোক—পরমেশ্বর ভগবান্গী; চরিতম্—লীলাশিং; (উত্তমশ্লোকচরিতম্—ভগবান্গী লীলা); চকার—লেংশিল্লম্মী; ভগবান্—পরমেশ্বর ভগবান্গী অবতার; ঋষিঃ—শ্রীব্যাসদেব মুনি; নিঃ-শ্রেয়সায়—পোলোইদা য়াইফনবগীদমক; লোকস্য—মী পুম্নমক্কী; ধন্যম্ মপুঙফানা মহৈ য়াল্লবা; স্বস্তি-অয়নম্—মঙ্গল পুম্বা পীবা; মহৎ—পাংশোই নাইদ্রবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীমদ্ভাগবতম্ অসি ভগবান্গী শায়োন-লাইরিক্কি, মসিবু ভগবান্গী শাযোন শ্রীলব্যাসদেবনা লেংবনি। লাইরীকসে মী পুম্নমক্কী পোলোইদা য়াইফবা পীনবগীনি, মসি মহৈ-পুঙযান-যাল্লবনি, মঙ্গল পুম্বা তিল্লবনি অদুগা পাংশোই-নাইদনা মপুঙ ফাববনি।

নৈনরোল

ভগবান্ শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা শ্রীমদ্ভাগবতম্সে বৈদিক জ্ঞান পুম্বগী অমসুং ইতিহাসকী শোইনাইদবা মপুঙ মরৈ ফাববা প্রতিনিধিনি হায়না লাউথোক্লম্মী। পরমেশ্বর ভগবানবু হকথেংননা থেংনরবা ভক্তশিংগী খনগৎলবা ইতিহাস ময়াম য়াওরে। শ্রীমদ্ভাগবতম্সে ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী শায়োন লাইরিক্কি, মরমদুনা ভগবানদগী তোপ্তোপ্পা পোৎ অমা নত্তে। ঐখোয়না ভগবানবু লুনা ইডাৎ-পগুম শ্রীমদ্ভাগবতম্বুসু লাৎকদবনি। মসিবু চেকশিন্না অদুগা ইংনা অখাঙ কন্না নৈনরগা পোলোইদা ভগবানগী আশিষ্ ফংবা ঙমগনি। ভগবাননা মঙান পুম্বা, মুংঙাইবা পুম্বা অদুগা মপুঙ ফাবা পুম্বা ওইবনিনা শ্রীমদ্ভাগবতম্সু অদুম্না ওইরিবনি। শ্রীমদ্ভাগবতম্ পাঠ তৌরগা পরম ব্রহ্ম শ্রীকৃষ্ণগী দিব্য ওইবা মঙান পুম্নমক ঐখোয়না ফংবা ঙমগনি, তৌবদবু সৎ গুরু অমনা থোঙ ওইরগা ফংগদবনি। শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুগী পার্ষদ শ্রীল স্বরূপ দামোদর গোস্বামীনা পুরীদা ভগবান্বু উননীঙদুদা লাকপা মীশিংদা মী ভাগবত অমদগী লাইরিক ভাগবত অসি তম্নবা তৌ হায়না হায়রম্মী। মী ভাগবত হায়বসিদি আত্মা উপলব্ধি তৌরবা অশেঙবা গুরুনি; অদুনা মাগী মতেঙদনা শ্রীমদ্ভাগবতম্না তাকপা পাওতাকশিংগী অর্থ খঙদুনা নীংবা থুংগনি। শ্রীভগবান্ মশামক্লা ইমাঙদা হেক লেপ্পরগা ঐখোয়না ফংগদবা মঙ্গল ময়ামদো শ্রীমদ্ভাগবতম্ নৈনবদগী লোইনা ফংগনি। শ্রীকৃষ্ণগী নাক্তা লৈরগা ফংগদবা মঙ্গল পুম্নমক ভাগবতম্না শাগোন্নরি।

শ্লোক ৪১

**তদিদং গ্রাহয়ামাস সুতমাত্মবতাং বরম্।**
**সর্ব্ববেদেতিহাসানাং সারং সারং সমুদ্ধৃতম্ ॥ ৪১ ॥**

### শব্দার্থ

তৎ—মতু; (মতুগী তুংদা); ইদম্—মসি, গ্রাহয়ামাস—লৌহনখি; সুতম্—মচানুপাদা; আত্মবতাম্—আত্মা উপলব্ধি তৌরবা মঙোন্দা; বরম্—অথোইবদা; সর্ব্ববেদ ইতিহাসানাম্ বেদ পূম্বা অমসুং ইতিহাসগী; সারম্—মচি; সারম্—মচি; সমুদ্ধৃতম্- লৌখৎলবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীব্যাসদেবনা বেদ-ইতিহাস পূম্নমক্কী মচি-মচি ওইবা শব্দক অতু লৌথোক্লগা, আত্মা উপলব্ধি তৌববশিংগী মকোক ওইবা মচানুংঙোদা শ্রীমদ্ভাগবত অসি পীবিথি।

### নৈনরোল

জ্ঞান ৱাৎপা মীশিংনা পৃথিবীগী ইতিহাসসে বুদ্ধদেবগী মতমদগী হায়বদি খৃষ্ট মমাঙ চহি ৬০০ লোমদগী হৌনদা লৌই। মতমতুগী মমাঙদা থোকখিবা শাস্ত্রশিংদা য়াওবা ইতিহাসগী ৱারীশিংবু শেমজিনবা ৱারী ঙাক্তি হায়না লৌই। মতু অচুম্বা নত্তে। পুরাণশিং অমসুং মহাভারত-নচিংবা লাইনিকশিংদা য়াওবা ৱারী পূম্নমক অওইবা ইতিহাসনি, মখোয়দো চুমগী পৃথিবীসিগীদা নত্তনা বিশ্ব-ব্রহ্মাণ্ড মনুংদা লৈবা গ্রহলোক লক্ষ লক্ষ লৈরিবশিংগীসু ওইবা ইতিহাস ঙাক্তি। অতুবু মীশিংতুনা তোঙান তোঙানবা লোক ময়ামসে অমগা অমগা মায়কৈগুম্না মান্নদে হায়বসে খঙদে। অতুগা মরম-তুদগী অতে লোকশিংদগী লৌথোরকপা ইতিহাসগী ৱাগা পৃথিবীসিদা খঙনরিবগা মান্নদে হায়বসিসু মখোয়না খঙদে। গ্রহলোক ময়ামসিগী তোঙান তোঙানবা ফীভম অতুগা মতমগী মতা যেংলুরগদি পুরাণশিংদা য়াওরিবা ৱারীশিংসে করিসু ঙক্নঙাই লৈতে অতুগা মখোয়সে শাগৎপা ওইদবা অমতা নত্তে। মী অমগী চীঙ্গাক্লা অতোপ্পা কনামগী হু ওই হায়বা পাওরোদো ঐখোয়না মতম পূম্বদা নীংশিংগদবনি। মবমসিনা ঐখোয়না পুরাণশিংদা য়াওরিবা ৱারী ইতিহাসশিংসে ওইদবা শাজিন্নবনি হায়না লৌফদে। শ্রীল ব্যাসদেবগুম্বা ঋষি চাওরবশিংনা ওইদবা ৱারীবু মখোয়গী লাইরিকশিংদা থৌওইনা হাপ্লক্ষম থোক্তে।

শ্রীমদ্ভাগবতমদা তোঙান তোঙানবা লোকশিংগী ইতিহাসশিংদগী খঙৎলগা ঐতিহাসিক ওইবা থৌদোকশিংতু হাপ্পনি। মরমসিনা লাইরিক অসিবু আত্মা উপলব্ধি তৌববা মহাজনশিংনা মহাপুরাণ অমনি হায়না লৌই। ইতিহাসশিংসে লোইনমক ভগবান্না মফম মতম তোঙান তোঙানবদা শান্নখিবা লীলাশিংগা মরী লৈনবতুনা মখোয়গী তোপতোপ্পা মগুন্নি। শ্রীল শুকদেব গোস্বামীদি আত্মা উপলব্ধি তৌববা মীশিংগী মকোকনি, অতুনা মহাক্লা মসিবু অধ্যয়ন তৌফম থোকপা বিষয় অমনি হায়না মপাবুং ব্যাসদেবদগী লৌবনি। শ্রীলব্যাসদেবসি অচৌবা মহাজন অমনি, অতুগা শ্রীমদ্ভাগবতম্গী বিষয়সে কয়ামুক মরু ওইবগে হায়ববু মহাক্লা মচাবুংঙো মীর মকোক ওইবা শ্রীল শুকদেবদা তম্বিখিবনি। লাইরিকসিবু শঙ্গোম-ননীগা চাংদম্নরি। বেদশিংনা জ্ঞানগী শঙ্গোম ঈপাক অমগুম্বনি। ননীমাখল হায়বসি শঙ্গোমগী থ্বাইদগী হাওবা মচি ওইবা পোৎনি, মতৌ অতুগুম্না শ্রীমদ্ভাগবতম্সুনি। মরমদি মসিদা ভগবান্গী অমসুং মাগী ভক্তশিংনা শান্নখিবা লীলাশিংগী থ্বাইদগী থুম্বা, তমজনিঙাই ওইবা অতুগা অশেঙবা ৱা ঙাক্ত য়াওরি। অতুম ওইনমক নাস্তিকশিংদগী অতুগা খঙদবা মী মরক্তগী শেন তান্নবগীদমক ওইবা ভাগৱত পাঠকশিংদগী ভাগবত শ্রবণ তৌবনদি করিসু তোংজনঙাই লৈতে। মসি

শ্রীল শুকদেব গোস্বামীদা তাকপিখিবনি, অদুনা ভাগবত পাঠ তৌরগা শেন তানবগী মাগী মথৌ নংলমদে। মসিগুম্বা শেন্দাম্না মাগী ইমুং মনুং থাক্কদবনি হায়বসু লৈবমদে। ইমুং মনুং থাকপগী দায় লৈত্রবা সংসার ত্যাগী ওইবা, শুকদেবগীদি প্রতিনিধি ওইবা য়ারবা মীতাদগী শ্রীমদ্ভাগবতম্গী বা লৌগ-দবনি। শঙ্গোম হায়বসে য়াম্না ফৈ অদুগা হকচাঙ যোকই, অদুবু লীল অমগী মচিন-মরৈনা হেক শোক্লবদি শঙ্গোমদো হকচাঙ য়োক্তে। অহোইনদুম মানা শিনবগী মবমদু ওই। মতৌ অদুগুম্না, বৈষ্ণবকি শাজং চেংনা চত্তবা মীতাশিংনা ভাগবতপু লল্লোন পোং ওইহনগদবা নত্তে অদুগা শ্রোতা ময়ামগী আধ্যাত্মিক মৃত্যু হায়বদু থোকহনবা চুমদে। বেদশিংগী মথৌদি ভগবান্বু (শ্রীকৃষ্ণবু) খঙবনি হায়না ভগবদগীতাদা ভগবান্না হায়রি, অদুগা শ্রীমদ্ভাগবতম্দি চেজল্লবা জ্ঞানগী শক্তমদা শ্রীকৃষ্ণমক্তি। মরমদুনা মসি বেদ পুম্নমক্কী মচিনি (সার-নি) অদুগা মসিদা শ্রীকৃষ্ণগা মরী লৈনবা মতম-পুম্নমক্কী ওইবা ইতিহাসিক ওইবা থোদোকশিং যাওবি। থোদোক্কী য়েংদুনা হায়বগদি লাইরিক অসে ইতিহাস পুম্নমক্কী মচিনি।

শ্লোক ৪২

**স তু সংশ্রাবয়ামাস মহারাজং পরীক্ষিতম্।**
**প্রায়োপবিষ্টং গঙ্গায়াং পরীতং পরমর্ষিভিঃ ॥ ৪২ ॥**

শব্দার্থ

সঃ—মহাক, (ব্যাসদেবগী মচানুপা শুকদেব); তু—অমুক; সংশ্রাবযামাস -শ্রবণ তৌহনখি; মহারাজম্—মহারাজদা; পরীক্ষিতম্—পরীক্ষিৎতা; প্রায়-উপবিষ্টম—চাবা থাদোক্লবা মতোন্দা; গঙ্গায়াম্—গঙ্গা তোর্ব্বান্দা; পরীতম্—(ময়াম্না) কোয়শল্লম্বা মতোন্দা; পরম্-ঋষিভিঃ—অথোইবা ঋষিশিংনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ব্যাসদেবগী মচাবুংঙো শুকদেব গোস্বামীনা অমুক গঙ্গা তোর্ব্বান্দা চাবা থকপা থাদোক্তুনা শিবা ঙাইরম্বা অদুগা ঋষি অথোইবশিংনা কোয়শিল্লগা লৈবম্বা মতীক মগুণ চাওরবা নিংথৌরেল পরীক্ষিৎতা ভাগবতসি শ্রবণ তৌহনখি।

নৈনরোল

পরমার্থিক কথা পুম্নমক গুরু-শিষ্য নাইনা মথং মথং চপ চাবা মওংদা লৌনবা ঙাক্তি। গুরু-শিষ্যগী মথং মথং নাইবসিবু 'পরম্পরা' হায়না কৌই। ভগবতম্নে অদুগা অতৈ অতৈ বৈদিক সাহিত্যশিংসে পরম্পরা নাইনা লৌনত্রবদি ফংলিবা জ্ঞান অদু শেংদ্রে হায়বদি থাজনিংঙাই ওইদ্রে। ব্যাসদেবনা ভাগবত কথাসি শুকদেব গোস্বামীদা তাকপি অদুগা শুকদেব গোস্বামীদগী অমুক সূত গোস্বামীনা ফংবনি। মরমসিনা কনাগুম্বনা ভাগবত-কথা শ্রবণ তৌনীংলবদি সূত গোস্বামীদগী নত্রগা মাগী প্রতিনিধিদগী তৌগদবনি, অতৈ অতোপ্পা নাতৈ চানদবা ব্যাখ্যা-কর্ত্তাদগী শ্রবণ তৌগদবা নত্তে।

নিংথৌরেন পরীক্ষিৎনা মহাক শিরগনি হায়বগী পাউ মতম চানা ফংখি। অদুনা মহাক্না খুদক্তা মহাক্কী রাজ্য অমদি পরিবার থাদোক্লগা শিবফাওবা চরা হেন্নবা গঙ্গা-তোর্ব্বানদা ফমখি। পরম ঋষিশিং, মুনিশিং, দর্শন-পণ্ডিতশিং, যোগীশিংনচিংবা পুম্নমক নিংথৌরেনগী খুঙম পায়বা মরম্না

পরীক্ষিৎকি নাক্তা লেঙলম্মি। শিরমদাইগী মতমত্তুদা পরীক্ষিৎনা তৌফম থোকপা করিনো হায়বত্তু মখোয় ময়ামত্তুনা মহৈ মহৈ মহারাজদা হঙ্গৎখি। অত্তুদগী কায়নথংদা মহাক শুকদেব গোস্বামীগী মফমদগী শ্রীকৃষ্ণ-কথা শ্রবণ তৌবনা চুম্নে হায়না ময়াম পূম্নমক্না য়ালেপ্নখি। মতৌ অস্নুম্না মাগী মফমদা ভাগবত শ্রবণ তৌহনখিবনি

মায়াবাদ দর্শম পুথোক্লম্বা অমস্নুং পরতত্ত্বগী নিরাকারবাদ শন্দোক্লম্বা শ্রীপাদ শঙ্করাচার্যানস্নু মীপুম খুদিংনা শ্রীকৃষ্ণগী খুয়া থম্বান্দা চঙজগদবনি হায়না তাকপীরম্মি; মরমদি তর্ক (য়রৈ) তৌনরগা তোংজনগাই করিমতা লৈতে। বেদান্ত সূত্রবু য়াহৈ লৈতেংনা ব্যাকরণগী অর্থ পুথোক্না তৌবা ব্যাখ্যাদা মহাক্না শগোক্লম্বা য়াত্তুনা শিরমদাইদা কনাদস্নু মতেং করিমতা ওইরোই হায়বদো অপান্ননা নংত্রবস্নু নাকোইননা শ্রীপাদ শঙ্করাচার্য্যানা হায়খি। শিরমদাইগী চিরবা মতাঙদা মীওইবনা গোবিন্দগী নাম শোনগদবনি। য়াসি তত্ত্ব খঙবা পরমার্থবাদী অচৌবশিংনা তাকপীরম্বা য়ানি। শুকদেব গোস্বামীনা অচুম্বা য়াফমসিমক আঃ মমাঙতৈদো হায়থ্রবনি, মত্তুদি—শিরমদাইদা নারায়ণবু নীংশিংগদবনি। পারমার্থিক কর্ম্ম পূম্নমক্কী মচি ওইবা য়াদি অসিনি। নিত্য ওইবা সত্যাসিগী মতুং ইন্না শ্রীমদ্ভাগবতমবু নিংথৌরেন পরীক্ষিৎনা শ্রবণ তৌখিবনি অত্তুগা মতিক চাবা অঙম্বা শুকদেব গোস্বামীনা থীখিবনি। ভাগবতমগী কথাগী বক্তা অমদি শ্রোতা অনীমকপু চপ চানা মুক্তি ফংহনখি।

শ্লোক ৪৩

**কৃষ্ণে স্বধামোপগতে ধর্ম্মজ্ঞানাদিভিঃ সহ।**
**কলৌ নষ্টদৃশামেষ পুরাণার্কোঽধুনোদিতঃ॥ ৪৩॥**

শব্দার্থ

কৃষ্ণে—কৃষ্ণ; স্বধাম—মরম্নাই ধামদা; উপগতে—লেঙথ্রবদা; (কৃষ্ণে-স্বধাম-উপগতে—কৃষ্ণনা মবম্নাই ধামদা লেঙথ্রবদা); ধর্ম্ম—ধর্ম্ম; জ্ঞান—খঙবা; আদিভিঃ—অসিনচিংবগা; সহ—লোয়ননা; কলৌ—কলি যুগদা; নষ্ট-দৃশাম্—মীৎ উদবা মীশিংগী; এষ—মসি; পুরাণ-অর্কঃ—নুমীৎকুম্না ভানবা পুরাণ; অধুনা—হৌজিক; উদিতঃ—(নুমীৎ থোরকপগুম) থোক্লে।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীভাগবত পুবাণ অসি মোংদোন্-থক্কী নুমীৎকুম্না লংত্রিক-লংনা ভাল্লি, অত্তুগা শ্রীকৃষ্ণনা ধর্ম্মজ্ঞান-নচিংবগা লোয়ননা মরম্নাই ধামদা লেঙখিবগা পুরাণ নুমীৎসে থোকখিবনি। কলি যুগদা জ্ঞান মাঙত্তুনা মীৎতাঙবগুম উদ্র-খঙদ্রবা মীতাশিংনা পুরাণসিদগী মঙাল ফংগনি।

নৈনরোল

ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী মম্নাই ধাম হায়বদি মমদম লৈ, মফমত্তুদা মহাক মাগী পার্ষদ্-নচিংবগা লোয়ননা মতম পূম্বদা লুংগাইনা লৈ। মহাক্কী নিত্য ধামসিনা মাগী অন্তরঙ্গা শক্তিগী শককোঙনি, অত্তুগা প্রাকৃত জগৎনা মাগী বহিরঙ্গ শক্তিগী শককোঙ অমনি। মহাক্না প্রাকৃত জগৎতা কুম্লকপা মতমদা মাগী আত্মমায়া কৌবা শক্তি-দুংদা লৈবনা ধাম-পার্ষদ্ লোইনমক্না লোয়ননা কুম্লকই। ভগবান্না

কৃষ্ণকপদা আত্ম-মায়া শীজিন্নদুনা কৃষ্মী হায়না ভগবদগীতাদা ভগবান্ মশামক্না হায়খি। মরমদুনা মাগী মূর্ত্তি, মিং, মিংচৎ, ধাম-নচিংবা পোৎলম পুম্বা জড় প্রকৃতিগী খুৎশেম নত্তে। মহাক সংসারদা পুখরবা মীশিংবু লোৎখৎপীসে হায়দুনা অদুগা মহাক মশামক্না শেমখিবা ধর্ম্মনিতিশিংবু অমুক হন্না লিংখৎকে হায়দুনা নোংগুম্মী। ভগবান্ মশামক নত্তুনা কনামতনা ধর্ম্ম লিংবা ঙমদে। মহাক মশামক নৎত্রগা মাগী শক্তি ফংবা যুৎ-চাগদবা মী অমনা ধর্ম্মগী বিধিশিং শেম্বা ঙম্মী। অচুম্বা ধর্ম্ম হায়ববু ভগবান্বু, মাগা ঐখোয়গা লৈনরিবা সম্বন্ধবু, অদুগা মাগা নরী লৈননা তৌগদবা ইথৌবু মশক খঙবা অদুগা প্রাকৃত দেহদি থাদোকপন্না মতুংদা ওইগদবা ঐখোয়গী পম্বুংগী মশক খঙবা অদুনি। প্রাকৃত শক্তিনা লাং থাকুনা ফাগ্রবা জীবাত্মাশিংনা পুন্সিগী নীতিশিংসে করিমতা খঙদে। মখোয় অয়াম্বনা চার, তুম্ল, কির অদুগা লাবা অমোম পাদোংনদুনা লৈবা শাগা পাঙখক্নি। মখোয় অন্নাম্বনা ধর্ম্মগী, জ্ঞানগী নৎত্রগা মোক্ষগী নামাদা ইন্দ্রিয় পেন্নবা তৌদুনা লৈ। মখোয়সে কলিযুকসিদদি অমুক হেন্না মীৎ-তাঙলে। কলিযুকসিদদি মীশিংসে সাসনগী অয়োবী সংস্করণ হায়বদুনি। আধ্যাত্মিক জ্ঞানগা অমসুং ধার্ম্মিক জীবনগা লোয়ননা মখোয় মরী অমতা থমদে। মখোয় কয়ামুক উদবগে হায়ববু মন, বুদ্ধি নৎত্রগা অহঙ্কার (ঐ-ঐ-হায়বা) অসি নত্তবা ক রমতা উত্রে; অদুদদি মখোয় জ্ঞান বিজ্ঞান অমদি লম্বুমগী মায়কৈদা চাওইৎলে হায়দুনা য়াম্না য়াম্না চায়থোকচৈ। হন্দক মপোক্কী দেহসি হুন্দোক্লমগা হুইরা হৌদোঙলা অদুগুম্বা অমগী মপোক পোকপগী অকিবা লৈতে, মরমদি পুন্সি ফিদম করিনো হায়বা মখোয় খঙদে। পরমেশ্বর ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণ কলিযুগ হৌরমদাইগী মতম খক্তিক্তা ঙায়বা মতদা নোংগুম্লম্বনি অদুগা মহাক কলিযুগ হৌরকপদা মহাক্কী নিত্যধামদা হনখিবনি। মহাক্না মর্ত্যদা লৈরিঙৈ মতমদা মহাক্কী লীলা মখল মখা উৎতুনা হীরম খুদিংমক উৎলম্মী। মহাক্না বিশেষ ওইনা ভগবদগীতা শকখিবনি অদুগা তৌশিন্নবা ধর্ম্ম মখল পুম্নমক মাঙহল্লবনি। প্রাকৃত জগৎসি থাদোক্তি-ঙৈগী মমাঙদা মহাক্না নাবদ থাজন্দুনা ব্যাসদেবদা শক্তি হাপ্পিদুনা শ্রীমদ্ভাগবতম্ লেংহনখিবনি। অদুনা ভগবদগীতাগা শ্রীমদ্ভাগবতম্‌গা অনীসে কলি যুগ অসিদা পোকপা মীৎতাংবশিংগী মৈরা পায়বা মীগুম্বনি। অমরোমদা হায়বগা, কলি যুগ অসিদা মীওইবনা পুন্সি মঙাল অচুম্বদু উনিং-লবদি লাইরিক অনীসিগী মতেং লৌদবা য়াদবনি, অদুদদা মখোয়গী পুন্সি ফিদম পাঙথোক্কনি। ভাগ-বতম্ খঙননবা অহানবদা গীতা নৈনগদবনি। শ্রীমদ্ভাগবতম্‌দি পুন্সি ফিদম ওইবা মূর্ত্তিমান্ শ্রীকৃষ্ণমক্নি। মরমসিনা শ্রীমদ্ভাগবতম্‌বু ভগবান্ কৃষ্ণমক্না অপান্ননা ঙাঙবা বানি হায়না ঐখোয়না লৌগদবনি। শ্রীমদ্ভাগবতম্‌বু উবা ঙম্বা মীদুদি শ্রীকৃষ্ণ ভগবান্‌বু সাক্ষাৎ উগনি। মখোয়নি অনতনি।

### শ্লোক ৪৪

**তত্র কীর্ত্তয়তো বিপ্রা বিপ্রর্ষের্ভূরিতেজসঃ।**
**অহং চাধ্যগমং তত্র নিবিষ্টস্তদনুগ্রহাৎ।**
**সোঽহং বঃ শ্রাবয়িষ্যামি যথাধীতং যথামতি॥ ৪৪॥**

#### শব্দার্থ

তত্র—মদুদা; কীর্ত্তয়তঃ—ঙাঙলিবা; বিপ্রাঃ - হে ব্রাহ্মণশিং; বিপ্রর্ষেঃ—ব্রহ্মর্ষিদগী (শুকদেবদগী); ভূরি—য়াম্বাঃ তেজসঃ—শক্তি লৈবদগী; অহম্—ঐনা; চ—সু; অধ্যগম্ - খঙখি; তত্র—সভাদুদা; নিবিষ্টঃ—পুক্নীং-চঙবা (ওইখি); তৎ-অনুগ্রহাৎ—মহাক্না (শুকদেবনা) চানবীবদগী; সঃ—মদুমক; অহম্—ঐনা; বঃ—নখোয়দা; শ্রাবয়িষ্যামি—শ্রবণ তৌহনগে; যথা-অধীতম্—ঐনা খঙবা ওম্বদুথক; যথা মতি—লৈজবা বুদ্ধি মতা।

## মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে খঙ হৈরবা ব্রাহ্মণশিং, শুকদেব গোস্বামীনা ভাগবত কীর্ত্তন মফমদুদা (পরীক্ষিৎ মহারাজগী মযমদা) তৌরম্বা মতমদা ঐনা পূক্নীং চঙনা তাহৌই। মতৌ অসুম্না তেজ-শক্তি চেল্লবা ব্রহ্মর্ষিগী মযমদগী মাগী কৃপানা ঐহাক ভাগবতম্ খঙলহৌই। হৌজিক ঐনা খঙবা ওমহৌবদুমক নখোয়বু শ্রবণ তৌহন্গে।

## নৈনরোল

কনাগুম্বনা শুকদেব গোস্বামীগুম্বা আত্মা উপলব্ধি তৌরবা মহাত্মা অমগী মফমদগী ভাগবত শ্রবণ তৌরবদি ভাগবতকী লমায়শিংদা শ্রীকৃষ্ণ লৈবদু হকথেংননা উবা শোয়দনা ফংগনি। অদুম ওইনমক, ভাগবত পাঠ-ব্যাখ্যা তৌদুনা শেল তান্বনা পুন্সি পান্দম্ ওইবা অদুগা তান্নরিবা শেল অদু যুম্বান্বদা শীজিন্নবা মী অদুগুম্বা অমদগী ভাগবত খঙবা ওস্মোই। যৌন-জীবন-দা লুপ্ন্না লৈবা মীগা সঙ্গ তৌবা মীতাদগী কনামতনা ভাগবত শ্রবণ তৌরগা হৈবা য়ারোই। মদুনি ভাগবতম্ খঙনবগী অথ্প্পা রা হায়ববু। অদুগা মীরয়েনগী বিদ্য বুদ্ধিনা ভাগবতনবু ব্যাখ্যা তৌবা মীতাদগী ভাগবতম্ শ্রবন তৌবনা করিস্ু খঙলোই। কনাগুম্বনা ভাগবতম্গী লমায়শিংদা শ্রীকৃষ্ণবু দর্শন তৌনীংলবদি মহাক শুকদেব গোস্বামীগী প্রতিনিধি ওইবা মীদগী শ্রবণ তৌরগা ভাগবতমবু খঙবা ঙমগনি, অতৈ অতোপ্পা অমদগী শ্রবণ তৌবনদি ওইবা য়ারোই। মসিনা ভাগবতম্ তাবগী অচুম্বা মওংদিঃ মওংসিগী মহুৎ অমা শিন্নবাই লৈতে। সূত গোস্বামীদো শুকদেব গোস্বামীগী অশেঙবা প্রতিনীধিনি মরমদি অহৈবা ব্রাহ্মণ ঋষিদুদগী মহাক্না তারকপা ভাগবতম্গী কথাদুমক ৱারীবা পাম্মী। শুকদেব গোস্বামী মপাবুং মহাত্মাদুদগী মানা তাখিবা ভাগবতম্গী রাদু লৌরম্মী, অদুম তৌদুনা সূত গোস্বামীসু শুকদেব গোস্বামীনা লৌখিবদগী মনাকোঙনা তাহৌবা ভাগবতম্ অদু ৱারীররি। চুমদতা তাবনা লোইবা নত্তে। পূক্নীং চঙনা তাদুনা শ্লোক খুদিংগী অর্থ তশেঙনা মমুঙ হনজন্না খঙনবা তৌগদবনি। 'নিবিষ্ট' হায়বা শব্দগী অর্থদি সূত গোস্বামীনা মনাকোঙদা চঙলকপা ভাগবতম্গী রস চুপ্পম্মী হায়বনি। মসিনি ভাগবতম্ শ্রবণ তৌবগী অওইবা মওংদি। অওইবা মীতাদগী পূক্নীং চঙনা শ্রবণ তৌগদবনি অদু ওইরবদি শ্রোতাদুনা ভাগবতম্গী লামাই খুদিংদা শ্রীকৃষ্ণ লৈবা উগদবনি। ভাগবতম্ খঙনবগী অথ্প্পা রাদো নৈনরিবা শ্লোকসিদা তাক্লি। মপূক্নীং শেঙদ্রবদি কনামতনা পূক্নীং লুপ্পা ওস্মোই। থবক তৌবা মতমদা শেংনা তৌদবা মীগী পুকচেল্দি কৈদৌঙৈদসু শেংডোই। চাবা, থকপা, তুম্বা, কিবা অমদি মুপী মুপা পাদোংনবদা শেংবা (শুদ্ধ) ওইবা ওমদ্রবদি পুকচেলসু শেংবা (শুদ্ধ) ওইবা য়ারোই। অদুবু করিনো উপায় অমা তৌদুনা কনাগুম্বনা পূক্নীং লুপশিল্লগা ওইফম থোকপা মীদগী (from right person) শ্রবণ তৌবা হৌবদগী তাথংলবদি শোয়দনম্ক মহাক ভাগবতম্গী লমাইশিংদা ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণ মশামকপু উবা ফংগনি।

অসুম্না ব্রহ্মসূত্র ভাষা শ্রীমদ্ভাগবতম্গী অহানবা স্কন্দদা জন্মগুহ্যং কৌবা অহুমশুবা অধ্যায়গী ভক্তিবেদান্ত নৈনরোল লোইরে।

# মরিশুবা অধ্যায়

## লেঙলকপা

শ্লোক ১

ব্যাস উবাচ

ইতি ব্রুবাণং সংস্তূয় মুনীনাং দীর্ঘসত্রিণাম্।
বৃদ্ধঃ কুলপতিঃ সূতং বহ্বৃচঃ শৌনকোঽব্রবীৎ ॥ ১ ॥

শব্দার্থ

ব্যাসঃ—ব্যাসদেবনা; উবাচ—হায়খি; ইতি—অসুম্না; ব্রুবাণম্—ঙাঙলম্বা মাবু; সংস্তূয়—থাগৎতুনা, মুনীনাম্—মুনিশিংগী; দীর্ঘ—শাংলবা মতমগী; সত্রিণাম—যজ্ঞ তৌরম্বশিংগী; বৃদ্ধঃ—অহল ওইবা; কুলপতিঃ—শাগৈগী অহল; সূতম্—সূত গোস্বামীদা; বহু-ঋচঃ—বেদ-পূম্বা হৈববা; শৌনকঃ—শৌনকনা; অব্রবীৎ—হায়রম্মী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সূত গোস্বামী অসুম্না ঙাঙবদু শ্রবণ তৌরগা, অহল-ওইরবা অদুগা মতম শাংনা যজ্ঞ তৌবক্লিবা মুনিশিংগী মকোক, বেদ-পূম্বা হৈববা শৌনক মুনিনা সূত গোস্বামীবু থাগৎলগা হায়রম্মী।

নৈনরোল

লাইরীক-হৈবা মীয়ামগী সভা অমদা ঙাঙলরিবা বক্তাবু থাগৎপা তারবদি থাগৎকে হায়দুনা লেপখৎলিবা মীদুগী গুণদি মখাদা পীরিবা গুণশিংসিনি। মহাক সভাদুগী লুচিংবা (কুলপতি) ওইগদবনি অদুগা অহল অমসু ওইগদবনি। মহাক মহৈসু য়াম্না পাকশন্না হৈগদবনি। শ্রীশৌনক ঋষি হায়বিবা গুণ পূম্বসি চেল্লম্মী। মতৌ অসুম্না মহাক্না, সূত, গোস্বামীনা শ্রীসুকদেব গোস্বামীদগী শ্রবণ তৌরগা মশানা খঙবা মতুংইন্না ভাগবতম্ কীর্তন তৌগে হায়বা নাকোঙনা তারগা সূতগোস্বামীবু থাগৎকদৌবগী লেপখৎলম্মী। মশানা খঙবা হায়বসিগী অর্থদি কনাগুম্বনা নাপল ময়াই কাদুনা মাগী লৈজবা বিদ্যা উৎতুনা মমাঙদা হৌখিবা আচার্য্য (ওঝা) অদুবু হেদোক্কে খন্দুনা হোৎনগদবা নত্তে। হান্নগী আচার্য্যবু মপুং ফানা বিশ্বাস (থাজবা) তৌগদবনি অদুগা বিষয়দু কয়ামুক ফজনা খঙগদগে হায়ববু মদুম খঙলগা মহাক্না খোক্লু খোক্লুবা ফিভমদা ফিভমদুগা চানবা মওংদা বিষয়দুবু উৎপা ঙমগদবনি। লাইরীক মশাদুগী অহানবা উদ্দেশ্যদু হোংদনবা তৌগদবনি। মদুদগী মকম খঙদবা অর্থ পুথোক্কদবা নত্তে, অদুগা শ্রোতাশিংনা ভাব তাননবগীদমক সুংঙাইবা মওংদা বিষয়দু পুথোক্কদবনি। মসিনি উপলব্ধি (খঙবা) হায়বদো। সূত গোস্বামীদো করম্বা ভাগবতম্-বক্তানো হায়বদো মহাক্কী রাহৈ

'যথাধীতম্' (শ্রবণ তৌরগা অধ্যায়ন তৌরকপা হায়বদি নৈনরকপা শরুক) অদুগা 'যথামতি' (লৈজবা বুদ্ধি মতা) হায়বা অনীসি বিচার তৌরগা কুলপতি শৌনক মুনিন্না খঙলম্মী। অদুনা হরাওমনগ্রদুনা মহাক্লা সূত গোস্বামীবু থাগৎলম্মী। আদিগুরু আচার্য্য অমগী মতুং ইন্নীঙদবা মীবু কনাগুম্বা বিদ্বান অমতনা তানীঙদে। মরমদুনা অনীরকপুবা ওইনা ভাগবতম্ কীর্ত্তন তৌগদৌরবা সভাসিদা বক্তাসু শ্রোতাসু অনীমক শেংনা হৈবা ডাক্তনি। ভাগবতম্-কীর্ত্তনগী মান-দণ্ডাদি (খৈন্নেদি) হায়রিবসিনা ওইগদবনি, অদুদদা কীর্ত্তন অমসুং শ্রবণগী উদ্দেশ্যদু ইলায় লায়না পাঙথোকপা য়াগনি। হায়রিবা ফিভমসে লৈত্রবদি অতৈ অতোপ্পা মরমগীদমক্তদি ভাগবতম্ কীর্ত্তন তৌবদো বক্তা অমসুং শ্রোতা অনীমক্কী নামৎ মাঙনবনি।

শ্লোক ২

**সূত সূত মহাভাগ বদ নো বদতাং বর।**
**কথা ভাগবতীং পুণ্যাং যদাহ ভগবাঞ্চুকঃ ॥২॥**

শব্দার্থ

শৌনকঃ—শৌনকনা; উবাচঃ—হায়রম্মী; সূত-সূত—হে সূত গোস্বামী; মহাভাগ—হে লাইবক ফবা; বদ—হায়য়ু; নঃ—ঐখোয়দা; বদতাম্—ৱা ঙাঙবা হৈবশিংগী মরক্তা; বর—অথোইবা; কথা—ৱারী; ভাগবতীম্—ভাগবতমগী; পুণ্যম্—পুণ্য ওইবা; যৎ—মদু; আহ—হায়খি; ভগবান্—শক্তি য়াম্ন চেনবা; শুকঃ—সুকদেব গোস্বামীনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শৌনকনা হায়রম্মী, "হে সূত, হে লাইবক ফবা, নহাক্তি ৱাঙাঙ-হৈবা মরক্তা অথোইবনি, মরমদুনা ভগবান্ শ্রীশুকদেবনা ভগবান্গী ওইবা পুণ্য চেনবা ৱা হায়খিবদু ঐখোয়দা হায়বিয়ু।

নৈনরোল

মফমসিদা শৌনক গোস্বামীনা হরাওমনখিদুনা সূত গোস্বামীবু অনিরক হন্না কৌরম্মী, মরমদি সভাদুদা য়াওরম্বা মীশিংদো শ্রীশুকদেব গোস্বামীনা লীখিবা শ্রীমদ্ভাগবতম্গী ৱা শ্রবণ তৌনিংবনা থৌরাংলম্মী। কনাগুম্বা অচম্বা মী অমনা মশাগী অপাম্বা ৱাথনগা চাশন্নবা মুরম্বাইগী ওইবা মওংদা ব্যাখ্যা তৌবা মীতাদগী মুনিশিং অসিনা ভাগবতম্ শ্রবণ তৌনিংলমদে। ভাগবতম্গী পাঠক-নি হায়রিবশিংগী অয়াম্বদি থরনা শেন্দানবা পাঠক ডাক্তি অদুগা থরনা পুরুষোত্তম ভগবান্গী দিব্য-লীলা-কথাদা চঙবা ঙমদবা অদুগা পণ্ডিত ওইরম্বনিকা মহায়নবা নির্ব্বিশেষবাদীশিং ডাক্তনি। অসিগুম্বা নির্ব্বিশেষবাদীশিংনা মখোয়গী মতবাদকা চানহন্দুনা মতবাদ অদুবু শৌগৎনবা ভাগবতম্গী অর্থ শেম-শাগৎলি। অদুগা শেন্দানবা পাঠকশিংনা মমাঙগী শরুক হেক্তা হন্দোক্লগা দশম স্কন্ধদু পায়খৎলগা ভগবান্গী লীলাশিংগী থুপ্লেন্-থুপ্লা মতাঙদুবু শেরান্ননা ব্যাখ্যা তৌই। কাঙবু অনিমক্সে ভাগবতম্গী পাঠক অশেঙবা নত্তে। শ্রীশুকদেব গোস্বামীনা তাকপা অর্থদা ভাগবতম্ পাঠ-ব্যাখ্যা তৌগে হায়না শেম-শারবা মীতা অদুগা শ্রীশুকদেব গোস্বামীবু অমসুং মাগী প্রতিনিধিবুদু শ্রবণ তৌগে হায়না শেম-শারবা মীতা—মখোয়সিগুম্বদনা শ্রীমদ্ভাগবতম্গী দিব্য আলোচনাদা (নৈনবদা) য়াওবা য়াবা মীতানি।

শ্লোক ৩

**কস্মিন্ যুগে প্রবৃত্তেয়ং স্থানে বা কেন হেতুনা।**
**কুতঃ সঞ্চোদিতঃ কৃষ্ণঃ কৃতবান্ সংহিতাং মুনিঃ ॥ ৩॥**

শব্দার্থ

কস্মিন্—করম্বদা; যুগে—যুগদা; প্রবৃত্তা—হৌখি; ইয়ম্—মসি; স্থানে—মফমদা; বা—নত্রগা; কেন—করিনা; হেতুনা—মরম্না; (কেন হেতুনা—করম্না মরম্না); কুতঃ—কদায়দগী; সঞ্চোদিতঃ—থৌজনবা; কৃষ্ণঃ—কৃষ্ণদ্বৈপায়ন ব্যাস; কৃতবান্—লেংখি; সংহিতাম্—অখোম্বা, শ্রীমদ্ভাগবতম্; মুনিঃ—মুনিনা (লাইরিক-হৈবা মী)।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

করম্বা যুগদা অত্থুগা করম্বা মফমদা মসি ইহান-হান্না হৌখিবগে, অত্থুগা করিগীদমক মসিবু পায়খৎ-পনো? কৃষ্ণ-দ্বৈপায়ন ব্যাস মুনিনা লাইরীকসি লেংনবগী প্রেরণা (থৌইল্লিন) কদায়দগী ফংখিবগে?

নৈনরোল

শ্রীমদ্ভাগবতমসে শ্রীলব্যাসদেবনা পীরম্বদা থোইদোকপা পোত্তা অমা ওইবনা লাইরীক-হৈবা শৌনক মুনিনা বা অম্সুক য়াম্না হংলম্বনি। শ্রীলব্যাসদেবনা বুদ্ধি-থাৎপা মুপী নহাশিংনা, শূদ্রশিংনা, অমদি ব্রাহ্মণ-পরিবারগী পতিত ওইবা মীশিংনা বেদগী অর্থ খঙবা ঙম্নবা হায়ত্থুনা বেদশিংবু মখল মখাগী মওংদা ব্যাখ্যা তৌরবা তুংদা মহাভারতসু ইখি। শ্রীমদ্ভাগবতম্দি লাইরীক পুম্নমক্কী মাথক্তা থোংদে, মরমদি মসিদা মীরম্নেনগী ওইবা (পার্থিব ওইবা) বা অমতা য়াওদে। মরমত্থুনা থাহংশিংসে বুদ্ধি লৈবগী থাহংনি অত্থুনা নাতৈচাবা ঙাক্নি।

শ্লোক ৪

**তস্য পুত্রো মহাযোগী সমদৃঙ্ নির্ব্বিকল্পকঃ।**
**একান্তমতিরুন্নিদ্রো গূঢ়ো মূঢ় ইবেয়তে ॥ ৪॥**

শব্দার্থ

তস্য—মহাক্কী; পুত্রঃ—মচানুপা; মহাযোগী—ভক্ত অথোইবা; সমদৃক্—মীৎয়েং-মান্নবা; নির্ব্বি-কল্পকঃ—খেন্নবা উদবা অদ্বৈতবাদী, একান্তমতিঃ—পুক্নীংলোঙদবা; উন্নিদ্রঃ তুম্বা-তোক্লবা; গূঢ়ঃ—থুপ্না; মূঢ়ঃ—বুদ্ধি-ককচল্লবা; ইব-গুম্না; ইয়তে—মান্নি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাক্কী (ব্যাসদেবগী) মচানুপাদো মহাযোগী (ভক্ত-অচৌবা) অমনি, পুম্নমকপু মীৎয়েং মান্ননা য়েংবা অত্থুগা খেন্নবা-উদবা অত্থুগা পুক্নীং লোঙদনা ব্রহ্মদা পুক্নীং থীংজল্লবা, তুম্বা-তোক্লবা (নিদ্রা-লৈতবা); মাগী অওইবদো কোঙদোক্তবা মীতা ওইবনা অপঙবা মান্নবা অমনি।

নৈনবোল

শ্রীলশুকদেব গোস্বামী অরান-খুভম ফংলবা (মুক্ত ওইবা) মীনি। মতৌ অসুম ওইবা মরম্না মহাক মায়া লাংদা থুদনবা মতম পুম্বদা চেকশিল্লম্মী। ভগবদগীতাদা চেকশনবা মতাংসিগী ৱা য়াম্না তরু তকনা ব্যাখ্যা তৌরি· মুক্ত জীবগা মায়াবদ্ধ জীবগা অনীগী থবক তোঙান তোঙাল্লী। পরমার্থগী লম্বীদা চাওখৎনবা মুক্ত জীবনা তৎতনা হোৎনৈ, অদুগা অসিগুম্বা লম্বীসে মায়াবদ্ধ জীবগী মফমদদি মঙগুম্বনি। মুক্ত জীবনা কবি তৌই হায়বসে মায়াবদ্ধ জীবনা খঙবদি লায়রবুনা ভাবতনা ফাওবা শাগৎপা ঙমজদে। পরমার্থগী থবক্তা মায়াবদ্ধ জীবনা মঙ মঙদুনা লৈরিঙৈদা মুক্ত জীবনা মীৎকপ থোক্লুনা লৈ। মতৌ অসুম্না, মায়াবদ্ধ জীবনা তৌরিবা থবক্তো মুক্তজীবগী মফমদা মঙগুম থোকই। অসুম য়েংবদদি মুক্ত জীবগা ময়াবদ্ধজীবগা মান্নবোই উই, থাঙ্গেশেংবা থিজল্লুরবদি মখোয়গী থবকশিংদো তোঙান-তোঙাল্লী। মতম পুম্বা মখোয়গী মপুক্লীংদো ইন্দ্রিয় পেন্নবগী থবক্তা নত্রগা আত্মা-উপলব্ধিগী থবক্তা চেকশিন্নবা হোৎনৈ। মায়াবদ্ধ জীবনা জড়পদার্থদা (matter-দা) লুপ্পী অদুগা মুক্ত জীবনা মপুঙ ফানা জড়-দগী মমায় ওন্থোকই। মায় ওন্থোকপা মওংসি মখাদা হায়থরক্লি। ✓

শ্লোক ৫

**দৃষ্টানুযান্তমৃষিমাত্মজমপ্যনগ্নং**
**দেব্যো হ্রিয়া পরিদধুর্ন সুতস্য চিত্রম্।**
**তদ্বীক্ষ্য পৃচ্ছতি মুনৌ জগদুস্তবাস্তি**
**স্ত্রীপুম্ভিদা ন তু সুতস্য বিবিক্তদৃষ্টেঃ ॥ ৫ ॥**

শব্দার্থ

দৃষ্ট্বা—উদুনাঃ অনুযান্তম্—তুংইল্লকপা; ঋষিম্—ঋষিবু; আত্মজম্—মচানুপাগী; অপি—(অদুম) ওইনমক; অনগ্নম্—ফি-থোক্তবা; দেব্যঃ—অপ্সরাশিং; হ্রিয়া—ইকায়বনা; পরিদধুঃ—ফি শেৎচনখি; ন নত্তে; সুতস্য—মচানুপাগী; চিত্রম্—ঙকপা (ওই); তৎ বীক্ষ্য—মদু উরগা; পৃচ্ছতি—ৱাহংলবা; মুনৌ—মুনিদা (ব্যাসদা); জগদুঃ—পাউখুম্লম্মী; তব-নহাক্কীদি; অস্তি-লৈ; স্ত্রী-পুম—নুপী নুপা; ভিদাঃ খেন্নবা; ন—লৈতে; তু—অদুবু; সুতস্য—নচানুপীগীদি; বিবিক্ত—মক্তবা; দৃষ্টে—মীৎয়েংগী; (বিবিক্ত-দৃষ্টেঃ—মক্তবা হায়বদি নুপা-নুপীগী খেন্নবা উদবা মীৎয়েংনা মাগী ওইরিবা অদুগুম্বা মহাক্কী)।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীব্যাসদেবনা মচানুপাগী তুং ইল্লরুম্বা মতমদা, মহাক্না ফি শেৎলম্বসু শক ফজবী নহা-ওইবী অপ্সরাশিংনা ফি থোক্লুনা ইকজরম্বদগী ফি শেৎচনখি। শ্রীব্যাসগী মচানুপানা চৎখিবা মতমদদি নহা-নুপীশিংদো ফি থোক্লা অদুম লৈরম্মী। ব্যাস মুনিনা মদুগী মরম হংখি। মদুদা নহা-ওইবীশিংদুনা হায়রম্মী—নচানুপাদি মক্তবা মীৎয়েংগী মীনি অদুগা মহাক্না নুপী ঐখোয়দা য়েংবা মতমদা নুপীগা নুপাগা খেন্নবদু উরমদে তৌইগুম্বসুং ব্যাস মুনি নহাক্তি খেন্নবদো উন্নি।

নৈনরোল

পণ্ডিত অমনা মাগী দিব্যদৃষ্টিগী মতুং ইন্না বিদ্যা হৈরবা অমসুং নোল্লুকপা ব্রাহ্মণ অমবু, চণ্ডাল (হুই চাবা) অমবু, হুই অমবু নৎত্রগা ষণ অমবু য়েংবদা মীৎয়েং চপ মান্ননা য়েংঙী হায়না ভগবদগীতানা (৫-১৮) হায়। শ্রীলশুকদেব গোস্বামীদো মদুগী থাক য়োরম্লে। মরমদুনা মহাক্না নুপারা নুপীরা হায়বা উরমদে;

মহাক্লা জীব পুম্বৰু ফিজেৎ তোঙান তোঙান শেৎপনি হায়না উখি। অঙাং নৱা অমদা য়েংলগা অঙাংতু কয়ামুক চম্বগে হায়বা খঙবা ঙম্বগুম্না ইরুজরম্লিবা মুপীশিংতুনা মী অমগী মায়থোং মতৌ উৱগা মহাক্কী মপুক্লিংতু খঙবা ঙমখি। শুকদেব গোস্বামী চহি তরাতকক শুরবা পাখঙ মচানি. অতুনা মাগী হকচাঙ কায়াৎ খুদিংমক মথোক কারম্লে। মহাক ফিস্তু থোক্লম্মী অতুগা মাগুম্না মুপীশিংতুস্তু মফি শেৎলমদে। অতুবু শুকদেব গোস্বামীদি যৌন-সম্বন্ধগী ৱাংমা লাল্লবা মীনিনা মহাক ইচম চম্না লৈরম্মী। দেবীশিংতুস্তু থোইদোকপা মগুণ চেনবা মরম্না শুকদেবগী মতৌদো খুদক্তা খঙখি। মরমতুনা মহাকপু মুপীশিংতুনা অতুক য়াম্না থৌশারমদে। অতুগা মপাইবুংঙো ব্যাসনা লাকপা মতমদদি মুপীশিংতুনা থুরেমথৈ ফি শেৎচল্লম্মী। মুপীশিংদো মহাক্কীদি মচাগুম্বা নত্রগা মগুনুপীগুম্বা ঙাক্লি; অতুমকপু সমাজগী চৎনবী মতুং ইন্না ব্যাসদেববু হেক উবদা হৌনবীতু তৌরম্লিবনি; মবমদি শ্রীব্যাসদেবদি গৃহস্থ অমা ওইরম্মী। গৃহস্থদি মুপীনা কদায়নো মুপানা কদাইনো হায়না খায়, নত্রগদি মহাক গৃহস্থ ওইবা য়ারোই। মরমতুনা ঐখোয়না মুপীরা মুপারা হায়বগী ভাব থাদোক্লুনা আত্মাদবু উনবা হোৎনগদবনি। মুপা মুপীগী ভাবসি লৈরিবা মীতুদি শুকদেব গোস্বামীদোনা সন্ন্যাসী ওইগে হায়না কনামতনা হোৎনবা চুমদে। জীবদি মুপাস্তু নত্তে মুপীস্তু নত্তে হায়বসিদদি খঙবনা চুম্মী, চাননা অমতনি হায়না য়েংবা ঙমদ্রবস্তু। জড় প্রকৃতি জড় ওইবা পোৎনা মপাস্থোংগী ফিজোল অমা শারিবনি, মতুনা মুপানা মুপীবু মুপীনা মুপাবু চিংতুনা সংসারগী লাংদা থুনগদৌরিবনি। অসিগুম্বা বুদ্ধি চোইবগী মীৎয়েংগী ৱাংমদা মুক্তজীবনা লৈবা ঙম্মী। অতুনা মহাক্লা জীব অমগা অমগবু খেন্ননা উবা ঙমদে। মাগী মফমদদি মখোয়নিদো অমতনি অতুনা চপ মান্নে। অসিগুম্বা পবমার্থগী মীৎয়েংনা মপুঙ ফাবদো মুক্ত ওইবগী মতাঙনি। শ্রীলশুকদেব গোস্বামীদো হায়রিবা মতাঙসে য়ৌরম্লে। শ্রীলব্যাসদেবস্তু প্রাকৃত-নত্তবা থাকসিদা লৈরিবনি; অতুবু গৃহস্থ অমা ওইশল-লুববনিনা চৎনবী মতুং ইন্না মহাক মুক্ত জীবনি হায়না তৌশন্নরমদে।

শ্লোক ৬

**কথমালক্ষিতঃ পৌরৈঃ সম্প্রাপ্তঃ কুরুজাঙ্গলান্।**
**উন্মত্তমূকজড়বদ্বিচরন্ গজসাহ্বয়ে ॥ ৬ ॥**

শব্দার্থ

কথম্—করম্না; আলক্ষিতঃ—শকখঙলম্মী, পৌরৈঃ—পুরদা (সহরদা) লৈবা মীশিংনা, নাগরিকশিংনা; সম্প্রাপ্তঃ—য়ৌরম্মী; কুরু জাঙ্গলান্—কুরু অমস্তুং জাঙ্গল লৈবাকশিংদা; উন্মত্ত—ঙাওবা; মূক—লোম্থোক্তবা; জড়বৎ পঙথবগুম; (উন্মত্ত-মূক-জড়বৎ—অঙাওবগুম, লোম্থোক্তবগুম অতুগা পঙথবগুম হাযবদি উতুপ তাবগুম); বিচরন্—কোয়চৎ চৎতুনা; গজ-সাহ্বয়ে- হস্তিনাপুরদা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কুরু-জাঙ্গল লৈবাক্তা অমুক অঙাওবগী মতৌগুম, অমুক লোম্থোক্তবগী মতৌগুম, অমুক উতুপ অমগুম কোয়চৎ চৎলুরগা মহাক্লা (শ্রীব্যাসগী মচানুপা শ্রীশুকদেব গোস্বামীনা) হস্তিনাপুরদা (হৌজিক্কী দিল্লিদা) চঙলকপা মতমদা পুরবাসীশিংনা করম্না মহাকপু শক খঙখি।

নৈনরোল

হৌজিক্কী দিল্লি নগরসি মমাঙৈদা হস্তিনাপুর হায়না খঙনরম্মী মরমদি মসি অহানবদা নিংথৌ হস্তীনা লিংখৎখিবনি। শ্রীশুকদেব গোস্বামীনা মপাম লমদম থাদোক্লুনা অঙাওবগী মতৌগুম কোয়চং চংলম্মী; অরাংবা অরাংবা থাক্কী ফিভমদা লৈরম্বা মাবু পুববাসীশিংনা শক খঙবদো য়াম্না ৱাবা অমনি। মরমসিনা ঋষি অমবু শক উরগা খঙনদে মাগী মৱাহৈ নাকোঙনা তারগদা মাবু খঙবা ঙম্মী। অতুনা কনাগুম্বনা সাধুগী নাক্তা চঙবা তারবদি মশক য়েংবগীদমক চঙগদবা নত্তে, মাগী মৱাহৈ তাবগীদমক্তা চঙগদবনি। সাধু অমগী মৱাহৈবু তানীঙত্রবদি করিস্তু কান্নবা লৈত্রে। শ্রীশুকদেব গোস্বামীদো ভগবান্‌গী দিব্য ওইবা লীলা ময়ামগী মরমদা ৱা ঙাঙবা ঙম্বা সাধু অমনি। অচম্বা পুরবাসীশিংগী মচিং-মশোলদি মহাক্না পেলহন্দে। মহাক্না ভাগবতম্‌গী ৱা ঙাঙলম্বতুদা মহাকপু শক খঙবনি। মহাক যাতুকর অমগুম্না মিত্রং উৎকে হায়না হোৎনরমদে। মপাম্মোংদদি মহাক য়েংবদা লোম্মোক্তবা অঙাওবা উতুপ অমগুম উরম্মী, থাঙ্গৈমক শেংবদি মহাক ৱাংলেন ৱাংবা পরমার্থগী থাক্তা কারম্নবা মীনি।

শ্লোক ৭

**কথং বা পাণ্ডবেয়স্য রাজর্ষেমুনিনা সহ।**
**সংবাদঃ সমভূত্তাত যত্রৈষা সাত্বতী শ্রুতিঃ॥ ৭॥**

শব্দার্থ

কথম্—করম্না; বা—সু, পাণ্ডবেয়স্য—পাণ্ডু নিংথৌগী শূথাঙগী;রাজর্ষেঃ—ঋষি ওইবা নিংথৌগী, মুনিনা—মুনিগা; সহ—লোয়ননা, সংবাদঃ—ৱারী শানবা; সমভূৎ—ওইখি; তাত—হে ইপা নত্রগা ইচা, যত্র—মরম্না; এষা—অসিগুম্বা; সাত্বতী—পারমার্থিক নত্রগা ভগবান্‌গী ওইবা, শ্রুতিঃ—বেদশিংগী মচি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

করম্না পাণ্ডুগী শূথাঙ ঋষি-ওইবা পরীক্ষিৎ নিংথৌগা (শুকদেব) মুনিগা ৱারী শানতুনা (ভাগবতম কৌবা) অচৌবা লাইবিক বেদগী মচি ওইবসি থোকখিবনো?

নৈনরোল

শ্রীমদ্ভাগবতম্‌বু মফমসিদা বেদগী মচি নৎত্রগা মচং-নি হায়রি। মৱা-চত্তবা মীতাশিংনা করিগুম্বা মতমদা ভাগবতম্‌বু শাজনবা হায়বদি ওইদবা ৱারী ঙাক্নি হায়না খনবা অতুগুম্বা লাইরিক নত্তে ভাগবতম্‌দি মসিবু শুক-সংহিতা হায়নসু কৌনৈ মরমদি মসি মহর্ষি অমদি মুক্ত ওইরবা শ্রীশুকদেব গোস্বামীনা খোমজনখিবা বেদমন্ত্রনি।

শ্লোক ৮

**স গোদোহনমাত্রং হি গৃহেষু গৃহমেধিনাম্।**
**অবেক্ষতে মহাভাগস্তীর্থীকুর্বংস্তদাশ্রমম্॥ ৮॥**

শব্দার্থ

**সঃ—মহাক (শুকদেব গোস্বামী); গো-দোহন মাত্রম্—শজোম শুম্বা মতমমতুদা; হি—লেপ্পমক, গৃহেষু—য়ুমশিংদা; গৃহমেধিনাম্—য়ুম্বান্‌বশিংগী; অবেক্ষতে—ঙাইতুনা লৈ; মহাভাগঃ—য়াম্না লাইবকফবা; তীর্থী—তীর্থ (লাইকম); কুর্ব্বন্—ওইহনবা; (তীর্থীকুর্ব্বন—তীর্থ ওইহন্দুনা); তৎ-আশ্রমম্—আশ্রম (লৈকম) অতুবু।**

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাক (শ্রীশুকদেব গোস্বামী) গৃহস্থ অমগী থোঙজীন্দা শঙ্গোমশুম্বদা চঙবা মতমত্নমক লৈ। অদুগা গৃহস্থদুগী আশ্রম অদুবু মহাক্না তীর্থ (লাইফম) ওলহল্লি।

### নৈনবোল

শুকদেব গোস্বামী নিংথৌবেন পরীক্ষিৎপু উনরগা শ্রীমদ্ভাগবতম্বু ব্যাখ্যা তৌখি। মহাক গৃহস্থ অমতগী য়ুমদা পুঙখাই অমদগী (শঙ্গোম শুম্বদা চঙবা মতমত্নদগী) হেন্না লৈরমদে, অদুগা মরায়বক ফবা গৃহস্থ অমদগী মহাক ভিক্ষা লৌই। মদুদি মাগী মঙ্গলগী মশক ওইবা খোঙদাবিবদুনা গৃহস্থগী য়ুম্বু শেংদোকপি। মরমদুনা শুকদেব গোস্বামীদি দিব্য ভাবতা লৈবা ফিদম্নঙাই ওইবা প্রচারক (শন্দোকপা) অমনি। সন্ন্যাসধর্ম্ম লৌরবা অদুগা ভগবান্‌গী রা প্রচার তৌনীঙবা মীশিংনা শুকদেবগী মতৌ উরগা খঙগদবদি গৃহস্থশিংদা পারমার্থিক জ্ঞান তাকপিবা নত্তনা গৃহস্থশিংগা অতৈ করিমতা তৌনঙাই লৈতে হায়বসিনি। মতৌ অসুম্না গৃহস্থদগী ভিক্ষা নিবদি গৃহ অদুবু শেংদোকপিগে হায়বগীদমক্তা চঙগদবনি। সন্ন্যাস-আশ্রমদা লৈবা মীনা গৃহস্থগী লম্ব়ুমগী অবঙবদু পাম্মুদুনা সংসারীগী মখা পোনফম থোক্তে। মদু পাম্বদি সন্ন্যাসীগীদি হু থকপদগী অদুগা আত্মঘাত তৌবদগী হেন্না ফত্তে।

### শ্লোক ৯

**অভিমন্যুস্যুতং সুত প্রাহুর্ভাগবতোত্তমম্।**
**তস্য জন্ম মহাশ্চর্য্যং কর্ম্মাণি চ গৃণীহি নঃ ॥ ৯ ॥**

### শব্দার্থ

অভিমন্যুস্যুতম্—অভিমন্যুগী মচানুপা পরীক্ষিৎপু; স্যুত—হে সুত; প্রাহুঃ—ওই হায়; ভাগবত উত্তমম্—ভগবান্‌গী ভক্ত মকোক; তস্য—মহাক্কী; জন্ম—মপোক; মহা-আশ্চর্য্যম্—য়াম্না ঙকপা; কর্ম্মাণি—থবকশিং; চ—সু; গৃণীহি—হায়বিয়ু; নঃ—ঐখোয়দা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অভিমন্যুগী মচানুপা পরীক্ষিৎ মহারাজবু অথোইবা থাক্কী ভক্ত অমনি হায় অদুগা মাগী মপোক অমদি মানা তৌরম্বা থবক পুম্বা অঙকপগী মশক য়াম্না ওই হায়। হে সুত, মহাক্কী মরম খরা ঐখোয়দা তাকপিয়ু।

### নৈনরোল

মহারাজা পরীক্ষিৎকী মপোক-তি অঙকপগী মশক্লি, মরমদি মমাইবেম্মগী পুক্ ঙদা পরমেশ্বর ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনা মহাকপু ঙাকখি। মাগী থবকশিংসু অঙকপা ঙাক্লি মরমদি কলিনা শল-অমোম অমা হাংকে তৌরম্বদা মহাক্না কলিবু চৈখি। শল অমোমশিংবু হাৎপা হায়বসে মীওইবগী সভ্যতা (নত্রগা ধর্ম্ম) লোইশনবনি। পাপ-কি প্রতিনিধিনা হাংকে তৌবদগী শল অমোম অমবু পরীক্ষিৎনা কল্লীংলম্মী। মহাক্না শিবসু অঙকপগী মশক্লি মরমদি মহাক শিরগনি হায়বদু মাঙজৌননা খঙখি; অসুম্না তৌবসে মীওইবা অমগীদমক্তি ঙক্লঙাইনি। শিনি হায়বা অসুম্না খঙবনা গঙ্গা তোর্ব্বান্দা ফমদুনা অদুগা ভগবান্‌গী দিব্য লীলাশিং শ্রবণ তৌদুনা শিননবা শেম শাখি। মহাক্না ভাগবতম্ শ্রবণ তৌরম্বা

সুমিৎশিংতুদা করিমতা চারম-থরুমদে অদুগা মীৎকুপ অমফাওবা তুমমদে। মরমসিনা মাগী মরমদা থোকপা থবক খুদিংমক অঙকপগী মশক্তি, অদুগা মানা তৌরম্বা থবকশিংগী রাদি পূরীৎ চঙনা শ্রবণ তৌগদবা ওই। নৈনরিবা শ্লোকসিদা মহাক্কী মরমদা শুগায়না শ্রবণ তৌনীংবত্থু ফোঙদোক্লি।

শ্লোক ১০

**স সম্রাট্ কস্য বা হেতোঃ পাণ্ডূনাং মানবর্দ্ধনঃ।**
**প্রায়োপবিষ্টো গঙ্গায়ামনাদৃত্যাধিরাট্ শ্রিয়ম্ ॥ ১০ ॥**

শব্দার্থ

সঃ—মহাক; সম্রাট—নিংথৌরেন; কস্য—করিগী; বা—নত্রগা; হেতোঃ—মরমগী; পাণ্ডুনাম্—পাণ্ডবশিংগী; মানবর্দ্ধনঃ—মান হেঙ্গৎহন্নবা; প্রায় উপবিষ্টোঃ—ফমদুনা চারা হেনবা; গঙ্গায়াম্—গঙ্গা তোর্বান্দা; অনাদৃত্য—থৌশাদহুনা; অধিরাট্—ফংলবা রাজ্য; শ্রিয়ম্- সম্পদ (লন)।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাক চাওরবা নিংথৌরেন্নি অদুগা মাগী ফংলকপা রাজ্যগী লন পুম্বগী মপু ওইরম্মী। মহাক্না পাণ্ডুশিংগী মান হেঙ্গৎহল্লম্মী। অদুগুম্বা মহাক্না গঙ্গা তোর্বান্দা ফমদুনা শিগ্রিফাওবা চারা হেন্নবগী-দমক লোইনমকপু থাদোক্লম্নিবা করিগীনো ?

নৈনবোল

মহারাজ পরীক্ষিৎ সাগর মহাসাগর পূম্নমক য়াওনা পৃথিবী পুম্বগী নিংথৌরেন ওইরম্মী। মহাক্কী রাজ্যসি ফংনবা হোৎনবদা মহাক পঙ্বা ৱাখিদে। রাজ্যসি মহাক্কী মবুধৌশিং হায়বদি যুধিষ্ঠির মচিন-মনাওশিংগী স্বত্ব ফংহৌবনি। অদুদগী হেন্দোক্লুনা মহাক লৈপাক ঙাকপগু ফজরম্মী অদুগা মপা-মপুশিংগী মীংচৎ ঙাকপগীদমক মতীক চাবা অমগু ওইরম্মী। মাগী ধন-সম্পদ অমদি শাসন্দা পামদনঙাই করিমতা লৈরমদে। অদু ওইরবদি মহাক করিগীদমক মুংঙাইরবা ফীভম ময়ামসি থাদোক্লুনা গঙ্গা তোর্বান্দা শিগ্রিবফাওবা চারা হেন্দুনা ফমগদৌরিবনো ? মসি অঙকপা অমনি। মী পুম্নমক্না মদুগী মরম খঙনবা খোয়রাংলম্মী।

শ্লোক ১১

**নমন্তি যদ্‌পাদনিকেতমাত্মনঃ**
**শিবায় হানীয় ধনানি শত্রবঃ।**
**কথং স বীরঃ শ্রিয়মঙ্গ দুস্ত্যজাং**
**যুবৈষতোৎস্রষ্টুমহো সহাসুভিঃ ॥ ১১ ॥**

শব্দার্থ

নমন্তি—খুরুম্মী; যৎ-পাদ—মহাক্কী খোঙ; নিকেতম্—মথাদা; (যৎ-পাদ নিকেতম্—মহাক্কী খুয়াথাদা); আত্মনঃ—মশামক্কী; শিবায়—য়াইফনবগীদমক; আনীয়—পুরক্লুনা; ধনানি—লন্থুম; শত্রবঃ—য়েক্কবশিংনা; কথম্—করম্না; সঃ—মহাক; বীরঃ—অথৌবা মানা; শ্রিয়ম্—লন্থুম; অঙ্গ—হে সূত; দুস্ত্যজাম্—থাদোকপদা ৱানঙাই ওইবা; যুবা—নহা তনৌবা, পাথং; ঐষত—পামথি; উৎস্রষ্টুম্—থাদোকপা; অহো—অঙকপনি; সহ—লোয়নননা; অসুভিঃ—থবায়গা।

## মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাক অচৌবা নিংথৌরেন অমা ওইরম্বা মরম্না মহাক্কী য়েক্লবা পুম্নমক্না লাক্লগা মখোয়গী য়াইফনবগীদমক মাগী খুয়াখাদা তুরৈ অদুগা লন পুম্বা কৎলে। মহাক মথোক-কাবা পাখঙনি অদুগা পাঙ্গল্লবা অথৌবা অমনি, অদুগা থাদোকপদা ব্রানঙাই ওইরবা নিংথৌ-লন লোইরম্বনি। অদুবু করিগীদমক মহাক্না থব্রায়গা কোন্না লোইনমকসে থাদোক্নীঙলম্বনো ?

## নৈনরোল

পরীক্ষিৎ মহারাজগী পুন্সিদা পাম্নরোইদৌবা করিমতা য়াওরমদে। মহাক চপ-চাবা মথোক কাবা পাখঙ অমনি অদুনা মহাক্কী শক্তিগা ধনগা লোয়ননা পুন্সি নুংঙাইনা লেন্বা য়ারম্মী। অদুনা থবক্কী পুন্সিদগী পোত্থাবগী ব্রাফম লৈরমদে। রাজ্যগী খাজনা খোম্বদসু ব্রানঙাই লৈরমদে মরমদি মহাক শক্তি-চেনবা বীর অমনি, অদুনা মাগী য়েক্লবশিংনা মশা মশাগী য়াইফনবগীদমক লাক্লগা মখোঙদা তুদুনা মরন্-শিংদো কৎলে। মহারাজ পরীক্ষিৎ ধর্ম্ম চেনবা নিংথৌনি। মাগী য়েক্লবশিংবু জয় তৌরম্মী, মরমদুনা মাগী রাজ্যদু য়াম্না চাওখৎলম্মী। শঙ্গোম, মহৈ-মরোং অমদি ধাতুশিংসু ওক্লবা লৈরম্মী অদুগা চীঙ তুরেল পুম্নমক লন-গোল ওইরম্মী। মরমসিনা সংসারগী লম্ছুমগী মায়কৈদা পেন্নঙাই পেন্নঙাই ঙাক্তা ওইরম্মী। মরমদুনা মতম চাদবমথৈ রাজ্য অমসুং য়াইবী-থব্রায় থাফম থোকপগী ব্রাফম চোংথোক্লঙাই লৈরমদে। নৈমিষারণ্যগী মুনিশিংনা ময়ামসিগী মরম শ্রবণ তৌনীংলম্মী।

## শ্লোক ১২

**শিবায় লোকস্য ভবায় ভূতয়ে য উত্তমশ্লোকপরায়ণা জনাঃ।**
**জীবন্তি নাত্মার্থমসৌ পরাশ্রয়ং মুমোচ নির্বিদ্য কুতঃ কলেবরম্ ॥ ১২ ॥**

## শব্দার্থ

শিবায়—য়াইফনবগীদমক; লোকস্য—জীব পুম্নমক্কী; ভবায়—চাওখৎনবগীদমক; ভূতয়ে—শেন চাওখৎনবগীদমক; যে—মখোয়; উত্তমশ্লোক-পরায়ণাঃ—পরমেশ্বর ভগবান্দা মায়ওনসল্লবা; জনাঃ—মীশিং; জীবন্তি—হিংঙী; ন—হিংদে; আত্ম-অর্থম্—মশাগী ওইজবা থীবগীদমক; অসৌ—মদু; পর-আশ্রয়ম্—অতোপ্পা মীশিংগী চঙজফম; মুমোচ—থাদোকখি; নির্বিদ্য—অপাম্বা পুম্বা লাম্থোক্লদুনা; কুতঃ—করি মরমগীদমক; কলেবরম্—হকচাঙ।

## মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

পরমেশ্বর ভগবান্দা মশাবু কৎথবা মীশিংনা অতোপ্পা মীশিংগী য়াইফনবগীদমক, লম্ছুম চাওখৎনবগীদমক অদুগা নুংঙাইনবগীদমক হিংঙী। মখোয়সি মশা মশাগী ওইজনবগীদমক হিংদে। মরমদুনা নিংথৌরেন্না (পরীক্ষিৎনা) সংসারগী লম্ছুম পাম্বা থাদোক্লবসু অতৈ ময়ামগী আশ্রয় (চঙজফম) ওইরিবা মাগী দেহবু থাদোকপা করম্না ঙমখিবনো ?

## নৈনরোল

পরীক্ষিৎ মহারাজ আদর্শ (ফিদম্নঙাই) ওইবা নিংথৌ অমসুং গৃহস্থনি, মরমদি মহাক ভগবান্গী ভক্ত অমনি। ভগবদ্ভক্তদি অদুম মশানা অফবা গুণ মথৈ চেল্লি। নিংথৌরেন অসিসু মদুগুম্বা জাত্তাগী খুদম অমনি। মহাক্কী লৈরম্বা লম্ছুমগী মায়া কোক্লম্নে। অদুবু মহাক মাগী প্রজাশিংগী

মায়কৈশুনা য়াইফবা ওইনবগীদমক লৈরম্বা নিংথৌনিনা মহাক প্রজা মীয়ামগী য়াইফনবা থবক্তা মতম পুম্বদা চিল্লম্মী; অদুগা য়াইফনবা হায়রিবসে হন্দক্কী মপোক্কী ঙাক নত্তে হয়েংমুক্কী মপোক্কী-সুনি। মহাক্কা শাহাংশঙ থম্বা য়ারমদে। অদুগা ষণ হাংপস্থ য়ারমদে। জীব অমবু ঙাক্লগা অতোপ্পা জীব অমবু হাংহন্নবা থৌরাংবা—অদুগুম্বা অপঙবা অদুগা মীচঙ মীথায় নাইবা শাসক অমা পরীক্ষিৎতি নংলমদে। মহাক্তি ভগবান্‌গী ভক্ত অমনিনা খুদিংমক্কী হায়বদি মীওইবা, শা-ষণ, উ-রা অমদি তুমীৎ কাঙ-নচিংবা জীব পুম্নমক্কী মুংঙাইনবগীদমক শাসন তৌগদবনি হায়বদো খঙলম্মী। মহাক মশাগী ওইজবা থিরমদে। মশাগী ওইজবা থিবা হায়বসে মশাগীদা থনবস্থ য়াই নত্রগা ময়াম পাক্লা শন্না থনবস্থ য়াই। মহাক্তি মথল অনিসিগী অমতস্থ নংলমদে। মাগী হায়ববু পরম সত্যম্ ভগবান্‌বু পেলহল্লগা লোইরে। নিংথৌ হায়বসিদি ভগবান্‌গী প্রতিনিধিনি, মরমদুনা ভগবান্না পাম্বদুনা নিংথৌগীস্থ অপাম্বা ওইগদবনি। ভগবান্‌না পাম্বদি জীব পুম্নমক ভগবান্‌না হায়বা ইনবা, অদুগা ইনবগীদমক মুংঙাইবা—অসিতনি। মরমদুনা নিংথৌনা পামগদবদি মাগী প্রজাশিংনা পরমেশ্বর ভগবান্‌গী রাজ্য তাক্লা হনবদা লমজিংবিবা অসিনি। মরমসিনা প্রজাশিংনা তৌবা থবকশিংস্থ মমৈদা মখোয়না ময়ুম—কৃষ্ণ-নাক তাক্লা হনবা য়াননবা শীন্দোকপা তারে। ভগবান্‌গী প্রতিনিধি ওইবা নিংথৌনা লৈপাক ঙাকপদা রাজ্যদু লম্নুম্না পীক থল্লী। মতমদুদা মীওইবশিংনা শা চাবগী দরকার লৈতে। মহৈ-মবোং, শঙ্গোম, উহৈ অমদি য়েস্থাং-নাপী মরাং কায়না যংঙী, অদুনা মীওইবশিংস্থ শা-ষণশিংস্থ লেম পানা অদুগা মবুক থন্না চাবা ফংঙী। জীব পুম্নমক্না চাক্লাক্লা য়ুমগা লৈরগা পেল্লবা অদুগা শাস্ত্রনা তৌ হায়বা বিধি-নিয়মশিংদু ইল্লবদি জীব অমগা অমগা করিমতা মুংঙাইনদবা অমদি অথিং-অরাক্লবা লৈররোই। নিংথৌরেন পরীক্ষিৎ মতিক-চাবা নিংথৌ অমনি, মবমদুনা মহাক্লা পাল্লিঙৈদা লোইনমক মুংঙাইবম্মী।

শ্লোক ১৩

**তৎসর্ব্বং নঃ সমাচক্ষ্ব পৃষ্টো যদিহ কিঞ্চন ।**
**মন্যে ত্বাং বিষয়ে বাচাং স্নাতমন্যত্র ছান্দসাৎ ॥ ১৩ ॥**

শব্দার্থ

তৎ—মদু; সর্ব্বম্—পুম্নমক; নঃ—ঐখোয়দা; সমাচক্ষ্ব—শেংনা তাকপীয়ু; পৃষ্টঃ—হংলিবা, যৎ-ইহ—মফমসিদা; কিঞ্চন—মদু পুম্বা; মন্যে—ঐখোয়না খল্লী; ত্বাম্—নংবু; বিষয়ে—হীবমদা, বাচাম্—রাহৈগী অর্থশিং; স্নাতম্—মপুঙ-ফানা খঙলবা; অন্যত্র—(বেদ নত্তনা) অতোপ্পা শাস্ত্রদা, ছান্দসাৎ—বেদগী শরুক।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

বেদগী শরুক থরা নত্তনা বিষয় পুম্নমক্কী অর্থ-খঙবা মী অমনি নহাক্নে হায়বা ঐখোয়না খঙঙী, মতৌ অসুম ওইবনা ঐখোয়না নঙোন্দা হংখিবা রাহং পুম্নমক্কী পাওখুম ফজনা পীবা নহাক ঙমগনি হায়বস্থ ঐখোয়না খঙঙী।

নৈনরোল

বেদগা পুরাণশিংগা খেন্নবসি ব্রাহ্মণশিংগা পরিব্রাজকশিংগা খেন্নবগুম্বনি। ব্রাহ্মণশিংনা বেদদা হায়বা সকাম কর্ম্মগী যজ্ঞ তৌনবগীদমক লৈবনি, অদুগা পরিব্রাজকাচার্য্যশিংনা ( অখণ্ড অহৈবা প্রচারকশিংনা ) মী পুম্নমক্কী মফমদা পারমার্থিক জ্ঞান শন্দোক্লবা লৈবনি। মদুম ওইবা মরম্না

পরিব্রাজকাচার্যাশিংনা বেদ-মন্ত্র উচ্চারণ তৌবহু হৈতে, বৈদিক যজ্ঞ তৌবগীদমক লৈবা ব্রাহ্মণশিংনা ছন্দগী, উচ্চারণগী নিয়ম নাইনা মন্ত্র শোনবগী অভ্যাস তৌই। অহুম ওইনমক পরিব্রাজকশিংদগী (কোয়চং চংপা প্রচারকশিংদগী) ব্রাহ্মণনা মরু-ওইবা হেন্নি হায়না খনবদি য়াদে। মখোয়সি মতম অমতদা খেন্নসু খেন্নে অহুগা খেন্নসু খেন্নদে, মরমদি মখোয় অনীমক উদ্দেশ্য চপ মান্নবা অমগীদমক লৈবনি; তৌবগীবুদি মখোয়গী থবক মতৌ তোঙান তোঙানবগী বাতনি।

বেদ-মন্ত্রশিংগা ইতিহাস অমসুং পুরাণশিংনা ব্যাখ্যা তৌহুনা তাক্লিবহুগা করিমতা খেন্নদে। শ্রীলজীব গোস্বামীগী মতুং ইন্না, বেদশিং, হায়বদি ঋক, সাম, যজু, অথর্ব্ব, পুরাণশিং, ইতিহাস, উপনিষৎ-নচিংবসি পরমেশ্বর ভগবান্‌গী স্বর হোন্দোকপদগী থোরকপা ঙাক্লি হায়না মাধ্যন্দিন শ্রুতিদা পন্দুনা তাক্লি। খেন্নবা হায়ববু বেদ-মন্ত্রশিংদো অয়াম্বনা প্রণব ওঙ্কারনা হৌই অহুগা মন্ত্র ছন্দগা লোযননা উচ্চারণ তৌবহু অহৈবা অমদগী তমদবা য়াদে। অহুবু মন্ত্র হায় হায়হুনা শ্রীমদ্ভাগবতমবু বেদ মন্ত্রদগী হন্থে হায়না লৌবা য়াদে। হন্নবদি লায়রহুনা, মমাঙদা হায়খিবহুনি—ভাগবতমসে বেদগী মমূন ফারবা উহৈনি। অহুগী মথক্তা, সিদ্ধপুরুষ শ্রীলশুকদেব গোস্বামীমক্তা মুক্তাত্মা ওইরব-ক্তাওবদা ভাগবতম হৈনবা তম্বদা থরাই লুপ্লম্মী। শ্রীলসূত গোস্বামীসু মাগী খুত্থং ইনবনি, মবমহুনা মহাক বেদ মন্ত্র ছন্দগা লোয়ননা উচ্চারণ তৌবা হৈতে হায়হুনা মহাকপু তাথনা হন্থনা খনবা য়াদে, মরমদি মন্ত্র উচ্চারণদি অভ্যাস তৌরগা থোকপনি, উপলব্ধি তৌদ্রবসু য়াই। উপলব্ধিনা (খঙবনা) তেনবাগুম চীনযা পুবদগী হেন্না যৈ।

শ্লোক ১৪

**সূত উবাচ**

**দ্বাপরে সমনুপ্রাপ্তে তৃতীয়ে যুগপর্য্যয়ে।**
**জাতঃ পরাশরাদ্‌যোগী বাসব্যাং কলয়া হরেঃ॥ ১৪॥**

**শব্দার্থ**

সূতঃ—সূত গোস্বামীনা; উবাচ—হায়খি; দ্বাপরে—দ্বাপর যুগ (অনীশুবা যুগ); সমনুপ্রাপ্তে—চঙলক্লবদা; তৃতীয়ে—অহুমশুবা; যুগ—যুগ, চক্; পর্য্যায়ে—লানশল্লকপদা; জাতঃ—পোকখি; পরাশরাৎ—পরাশরনা; যোগী—যোগী; বাসব্যাম—বসুগী মচানুপী সত্যবতীগী গর্ভদা; কলয়া—কলা ওইনা; হরেঃ—হরিগী।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

শ্রীসূত গোস্বামীনা হায়রম্মী—দ্বাপর কৌবা যুগনা অহুমশুবা যুগবু নন্দুনা চঙশল্লকপা মতমদা মহা যোগী (ব্যাসদেব) ভগবান্ বিষ্ণুগী কলা (অংশগী অংশ) ওইনা বসু মমোম সত্যবতীগী গর্ভদা পরাশরগী মচা ওইনা পোকখি।

**নৈনরোল**

সত্য, ত্রেতা, দ্বাপর, কলি হায়না যুগ মরিগী মথং-মনাওনি। অহুবু করিগুম্বা মতমদা যুগ নন্নবা য়াওই। বৈবস্বত মনুনা পাল্লিঙৈদা চতুর্যুগগী (যুগ মরিগী মপুম) কুননিপাল শুবা খুৎকোইদা নন্নবা অমা থোকখি। অহুনা অহুমশুবা যুগ অনীশুবা যুগগী মমাঙদা ওইখি। হায়রিবা যুগসিদা

ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণসু অবতার তৌই, মরমত্থুনা যুগগী মথং মনাও ওন্নবসি থোকখি। মহাযোগী বেদব্যাসগী মমাদি (ভা-ফাবা) বস্তুগী মচানুপী সত্যবতীনি, পম্মৌনা মহামুনি পরাশরনি। মহুনি ব্যাসদেব পোকপগী ইতিহাসদি। যুগ খুদিংবু মতাও অহুম থোক্লা খায়দোকই, মতাও খুদিংবু সন্ধ্যা কৌই। ব্যাসদেব হায়রিবা যুগহুগী অহুমশুবা সন্ধ্যাদা আবির্ভাব তৌখি।

শ্লোক ১৫

**স কদাচিৎ সরস্বত্যা উপস্পৃশ্য জলং শুচিঃ।**
**বিবিক্ত এক আসীন উদিতে রবিমণ্ডলে ॥ ১৫ ॥**

শব্দার্থ

সঃ—মহাক (ব্যাস); কদাচিৎ—মতম অমদা; সরস্বত্যা - সরস্বতী তোর্বান্দা; উপস্পৃশ্য—স্নান-নচিংবা লোইবগা; জলম্—ঈশীং; শুচিঃ—মশা শেংলবা; বিবিক্তে—অচীকপদা; এক—মথন্তা; আসীনঃ—ফম্লম্মী; উদিতে—থোক্লবদা; রবিমণ্ডলে—নুমীৎনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতম অমদা মহাক্না (ব্যাসদেবনা) নুমীৎ থোকপা মতমদা সরস্বতী তুরেলগী ঈশীংদা অয়ুক্কী স্নান-নচিংবা তৌহুনা মশা শেংদোক্লগা অচীকপদা মথন্তা ফম্লম্মী।

নৈনরোল

হিমালয়গী বদরিকাশ্রম কৌবা লমদমদা সবস্বতী তুরেল চেল্লম্মী। 'শ্লোকসিদা উৎলিবা মফমসি বদরিকাশ্রমগী মনুং চনবা সম্যাপ্রাস হায়বহুনি। মফমসিদা শ্রীব্যাসদেব বাস তৌরম্বনি।

শ্লোক ১৬

**পরাবরজ্ঞঃ স ঋষিঃ কালেনাব্যক্তরংহসা।**
**যুগধর্মব্যতিকরং প্রাপ্তং ভুবি যুগে যুগে ॥ ১৬ ॥**

শব্দার্থ

পর-অবর—হৌথিবা অহুগা লাক্কদোবা; জ্ঞঃ—খঙবা মী; সঃ—মহাক; ঋষিঃ—ব্যাসদেব, কালেন—মতমগী খোঙলোই মতুং ইন্না; অব্যক্ত—ফোঙদোক্তবা; রংহসা - পাঙ্গলনা; যুগধর্ম—যুগগী ওইফম থোকপা থবকশিং; ব্যতিকরম্—ওন্ন-তৈন্নবা; প্রাপ্তম্—থোকপা; ভুবি—পৃথিবীদা; যুগে যুগে—যুগ যুগ খুদিংদা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহামুনি ব্যাসদেবনা যুগগী ধর্মশিংদা ওন্ন-তৈনবা ময়াম উরম্মী। পৃথিবীদা তোঙান তোঙানবা যুগদা মতমগী খোঙলোই মতুং ইন্না উবা-ফংদবা শক্তিশিংনা মসিগুম্বা ওন্ন-তৈনবসি থোকহল্লি।

নৈনরোল

ব্যাসদেবগুম্বা মহর্ষিশিংদি মুক্তাত্মানি, মরমত্থুনা মখোয়দি তুং-মাঙ মতম অনীমক তরং তরংনা উবা ঙম্মী। মতৌ অসুম্না ব্যাসদেবসু কলি যুগদা থোক্লগদবা তুংগী ওন্ন-তৈনবা থৌদোক লীচৎশিংদো উবা ঙমখি। পুন্সম-মন্বা যুগ অসিদা মীশিংনা চাওথৎপা পুন্সি কয়ম্না লেনগদগে হায়বহুগী থৌরাং ব্যাস মুনিনা তৌখি। কলিযুগগী মীয়ামদি তুংকোইদবা পোৎস্তা য়াম্না থবাই হৃকচনখি। পঙবা মরম্না মখোয়না পুন্সি লন করিনো হায়বা খঙদে, অহুনা আধ্যাত্মিক জ্ঞান ফংবা ঙমদে।

## শ্লোক ১৭-১৮

**ভৌতিকানাং চ ভাবানাং শক্তিহ্রাসং চ তৎকৃতম্।**
**অশ্রদ্দধানান্নিঃসত্ত্বান্ দুর্মেধান্ হ্রসিতায়ুষঃ ॥ ১৭॥**
**দুর্ভগাংশ্চ জনান্ বীক্ষ্য মুনির্দিব্যেন চক্ষুষা।**
**সর্ববর্ণাশ্রমাণাং যদ্দধ্যৌ হিতমমোঘদৃক্ ॥ ১৮॥**

### শব্দার্থ

ভৌতিকানাম্ চ—পঞ্চভূত-না শাবা পোৎশিংদগী; ভাবানাম্—থবকশিংগী; শক্তিহ্রাসম্ চ—মঙম মাঙথরকপা; তৎকৃতম্—মহুনা তৌবা; অশ্রদ্দধানান্—শ্রদ্ধা (থাজবা) লৈতবা; নিঃসত্ত্বান্—সত্ত্বগুণ চেন্দবনা পাখৎকনবা; দুর্মেধান্—বুদ্ধি ফকপা; হ্রসিত—ময়েং তাথরবা; আয়ুষঃ—পুন্সিগী; (হ্রসিতায়ুষঃ—পুন্সি ময়েং তাবা); দুর্ভগান্ চ—লাইবক থীবা; জনান্—মীশিংবু; বীক্ষ্য—উরদুনা; মুনিঃ—মুনিনা; দিব্যেন—প্রাকৃত-নত্তবা; চক্ষুষা—মীৎনা; সর্ব—পুম্বা; বর্ণআশ্রমানাম্—বর্ণ অমসুং আশ্রম পুম্বগী; য—মহু; দধ্যৌ—খল্লম্মী; হিতম্—য়াইফবা; অমোঘদৃক্—দিব্য-চক্ষু-লৈবা মহাক্না, লোয়না খঙবা মহাক্না।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

যুগগী প্রভাবনা প্রাকৃত ওইবা পুম্নমক ময়েং তাথরক্কনি হায়বদু পুম্নমক খঙবা ঙম্বা মুনিনা মাগী দিব্য-চক্ষুগী মতেঙনা উখি। শ্রদ্ধা (থাজবা) ৱাৎপা মীশিংগী পুন্সি মুংশাং ময়েং তাগনি হায়বা অদুগা সত্ত্ব-গুণ ৱাৎপদগী পাখৎচাওগনি হায়বসু মহাক্না উরম্মী। মতৌ অসুম উবনা মহাক্না বর্ণ অমসুং আশ্রম পুম্নমক্কী মীয়ামগীদমক য়াইফনবা ৱাখল তৌবম্মী।

### নৈনরোল

মতম কৌবা মহাক্কী ফোঙদোক্লবা শক্তি কয়া কনবগে হায়ববু মাগী খোঙলৈ মতুং ইন্না পোৎ পুম্নমকপু কাউহল্লি। চতুর্থ্ যুগগী অরোইবা যুগ কলি যুগ অসিদা প্রাকৃত ওইবা পোৎ পুম্বা মতমগী প্রভাবনা ময়েং তাথরকই। যুগ অসিদা মীওইবশিংগী - হকচাঙগী মপুন্সি য়াম্না হস্বরে, অদুম্না নীঙশিংবগী পাঙ্গলসু হস্বরকই। জড় পদার্থগী (থবাই য়াওদবা পোৎকী) থবক্কীসু থৌগৎপা ৱাৎথরকই। লৌবুক্কসু যুগ অতে অতৈদা মহৈ মরোং থোকপগুম থোক্তে। যণসু মমাঙঙৈগুম্না শঙ্গোম য়াম্না থোক্তে। য়েঙ্গাং-নাপীগী মনা-মশিং অদুগা উহৈ-ৱাহৈসু মমাঙঙৈদগী ৱাৎনা থোকই। মতৌ অসুম ওইবনা মীসু শা-যণসু মচীঙ্গাক মরাঙ কায়না ফংদে, অদুগা হকচাঙ য়োকপা চীঙ্গাকসু ৱাৎলি। হিংবদা চঙদবা য়াদবা পোৎচৈ মম্মামসি ৱাৎপনা পুন্সি মুংশাং হস্বা হায়বদু মশানা তাবনি, মরমদুনা মতম শাংনা পোৎ নীঙশিংবা ঙমদে, বুদ্ধি লৌশিং চাউদে, মী মশেল তিম্নবদসু পুকচেল থোইজেল তিম্নদে, অসিনচিংবা কয়া ৱাৎলি।

মহামুনি ব্যাসদেবনা মাগী দিবা চক্ষুনা খুৎলাই ওইদুনা মসি পুম্বা উরম্মী। পাঁজি-গণক (জ্যোতিষী) অমনা কনাগুম্বা মী অমগী তুংগী লাইবক খঙবগুম নক্ষত্রগা চন্দ্রগ্রহন সূর্য্যগ্রহন থোক্কনি হাযবা ঙম্বগুম শাস্ত্র হৈবা মুক্তাত্মা ওইবা মীনা মীওইবা জাতি পুম্বগী তুংদা ওইরগদবা অদু হায়বা ঙম্মী। মখোয়না মসি উৱিবসি আধ্যাত্মিক উন্নতিগী মপান্না থৌরবা মীৎয়েং চেনবদগীনি।

অসিগুম্বা তত্ত্ববিৎশিংদি মশানগা ভগবান্গী ভক্ত ওইবনিনা মতম পুম্নমক্তা মীয়ামগী য়াইফনবা সেবা তৌনিংঙী। মীয়াম প্রজাগী অশেঙবা মক্লপ হায়বদো মখোয়সিনি, মিনিট মঙাগী মতুংদা কবি থোক্লগদগে হায়বা ফাওবা খঙবা ঙমদবা জন নেতানি হায়নবা মীতাশিংদুদি নত্তে। যুগ

অসিদদি প্রজা সাধারণনে অদুগা মখোয়গী নেতানি হায়বশিংদুনে লোইনমক লাইবক থীবা ঙাক্তনি, মখোয় আধ্যাত্মিক জ্ঞান হায়বদু থাজদে, অদুগা কলি যুগনা মখোয়বু খুদুম চনগ্রে। মখোয় মতম পূন্নমক্তা অনায়েক কয়ানা মুংঙাইহন্দে। খুদমগী মশক ওইনা হায়রগা—হৌজিক্কী যুগসিদা টি-বিনা নাবা মী কয়া য়ামগ্রে অদুগা টি-বিগী লায়য়েংশঙ কয়া য়ামগ্রে; অদুবু মমাঙঙৈদদি অসুম তৌরমদে মরমদি মমাঙঙৈগী মতমদো হৌজিকুম্না ফত্তবা ওইরমদে। যুগ অসিগী লাইবক থীবা মীশিংনা শ্রীলব্যাসদেবগী প্রতিনিধি ওইবা তত্ত্ববিৎশিংবু অমসুং বর্ণাশ্রম পূন্নমকপু তেঙবাঙবগী থবক শীন্দুনা লৈরিবা মীশিংবু তরাম তরাম ওক্লীংদে। খ্বাইদগী হেন্না মীওইবগী সেবা তৌনীংবা মীতাদি ব্যাস, নারদ, মাধ্ব, চৈতন্য, রূপ, সরস্বতীনচিংবনা তৌরম্বা থবক চৎথরিবা তত্ত্ববিৎশিংদুনি। মখোয়দি ভাক্তা অমতনি। মীতাদি খেন্নবা য়াই, অদুবু মখোয়সিগী পুন্সি পান্দমদি অমতনি, হায়বদি মখোয় লোইনমক লৈখা তারবা জীবশিংবু লানবিদুন। ভগবদ্ধাম্ তান্না হলহন্নবা মপুন্সি লেল্লম্বনি।

শ্লোক ১৯

**চাতুর্হোত্রং কর্ম্ম শুদ্ধং প্রজানাং বীক্ষ্য বৈদিকম্।**
**ব্যদধাদ্যজ্ঞসন্তত্যৈ বেদমেকং চতুর্ব্বিধম্ ॥ ১৯ ॥**

শব্দার্থ

চাতুঃ—মরি; হোত্রম্—যজ্ঞগী মৈ; কর্ম্ম শুদ্ধম্—কর্ম্ম শেংদোকপা; প্রজানাম্—মীয়ামগী; বীক্ষ্য—উদুনা; বৈদিকম্—বৈদিক কর্ম্ম মতুং ইন্না; ব্যদধাৎ—শেমদোকখি; যজ্ঞ—যজ্ঞ; সন্তত্যৈ—শন্দোক্লবা; বেদম্ একম্—বেদ অমথকপু; চতুঃ বিধম্—মরি থোক্লা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

বেদদা হায়রিবা যজ্ঞশিংদো মীওইবগী মথৌ ওইবা থবকপু শুদ্ধ ওইহন্নবা উপায়নি হায়বদো মহাক উরম্মী। যজ্ঞগী থৌরমপু লায়হন্নবা হায়দুনা মহাক্না বেদ অমথক্তা ওইরম্লদুবু মরি থোক্লা খায়দোকখি।

নৈনরোল

অহানবদদি যজুঃ কৌবা বেদ অমথক্তা ঙায়রম্মী, অদুগা যজ্ঞগী বিভাগ মরিথক মশক নাইনা পল্লম্মী। যজ্ঞশিংদুবু লায়না তৌবা য়াননবা হায়দুনা বেদদু যজ্ঞ বিভাগ মরি থোক্লা খায়দোকই, মদুগী মরমদি বর্ণাশ্রম মরিগী মশিনবু শুদ্ধ ওইহন্নবনি। ঋক্, যজুঃ, সাম অমসুং অথর্ব্ব কৌবা বেদ মরিসিগী মথক্তা (মঙাশুবা) বেদ হায়না খঙনবা পুরাণশিং, মহাভারত, সংহিতাশিংনচিংবসু লৈ। শ্রীব্যাসদেব অমসুং মহাক্কী শিষ্য-প্রশিষ্য ময়াম্মক লোইনা ইতিহাসিক পুরুষ ঙাক্তনি। মখোয়না কলি যুগসিগী লৈখা তারবা জীবশিংবু থৌজানবিরম্মী অমসুং মুংশিবিরম্মী। মতৌ অসুম্না পুরাণশিংগা মহাভারতকসে বেদ মরিগী শিক্ষাগা সম্বন্ধ লৈনবা ইতিহাসিক ঘটনা (থৌদোক) ময়ামদগী থোমজল্লগা শেমখিবনি। পুরাণগা মহাভারতকবু বেদগী অংশনি হায়দুনা মখোয়গী বাবু চিংনফদে। ছান্দোগ্য উপনিষদ্‌গী মন্ত্রংদা (৭-১-৪) ময়ান্না ইতিহাসনি খঙনরিবা পুরাণশিং অমসুং মহাভারতপু পঞ্চম বেদনি হায়না পল্লি। শ্রীল জীব গোস্বামীগী মন্তুং ইন্না, অপৌরুষেয় শাস্ত্রশিংগী মগুণ খঙনবা মওংদি মদুনি।

শ্লোক ২০

**ঋগ্‌যজুঃসামাথর্বাখ্যা বেদাশ্চত্বার উদ্ধৃতাঃ।**
**ইতিহাসপুরাণং চ পঞ্চমো বেদ উচ্যতে॥ ২০॥**

শব্দার্থ

ঋগ্‌-যজুঃ-সাম-অর্থর্ব্ব আখ্যা—বেদ মরিগী মমিংনি; বেদাঃ—বেদশিং; চত্বারঃ—মরি; উদ্ধৃতাঃ—তোঙান্‌বা শরুক ওইনা থায়দোকপা; ইতিহাস - থৌদোক্কী চেজন্ (মহাভারত); পুরাণম্ চ—অমসুং পুরাণবু; পঞ্চমঃ—মঙাশুবা; বেদঃ—বেদ (জ্ঞানগী অহান্‌বা থোরককম); উচ্যতে—ওই হায়না হায়।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

জ্ঞানগী অহানবদা থোরকফমগী (বেদশিংগী) বিভাগ মরি তোঙান তোঙান ওইনা শেমখি। অদুবু ইতিহাসবু অমসুং পুরাণশিংদা য়াওবা অশেঙবা ৱারীশিংবু পঞ্চম (মঙাশুবা) বেদনি হায়।

শ্লোক ২১

**তত্রর্গ্বেদধরঃ পৈলঃ সামগো জৈমিনি কবিঃ।**
**বৈশম্পায়ন এবৈকো নিষ্ণাতো যজুষামুত॥ ২১॥**

শব্দার্থ

তত্র—মত্‌গী মনুংদা; ঋগ্‌-বেদ-ধরঃ—ঋক্ বেদ হৈবদি; পৈলঃ—পৈল কৌবা মুনিনি; সামগঃ—সাম বেদ হৈবা; জৈমিনিঃ—জৈমিনি কৌবা মুনি; কবিঃ—কবিনি; বৈশম্পায়নঃ—বৈশম্পায়ন কৌবা মুনি; এব—দমক; একঃ—মথন্তনি; নিষ্ণাতঃ—য়াম্না হৈরবা; যজুষাম্—যজুবেদগী; উত—হায়।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

বেদ মরিসিগী মনুংদা পৈল ঋষি মথন্তনি ঋক্ বেদ খঙবা, জৈমিনি কবিনা সামদেব খঙবনি, অদুগা বৈশম্পায়ন মুনি মথন্তনা যজুঃ বেদ খঙউী।

নৈনরোল

তোঙান তোঙাম্না লৈবা বেদশিংবু মথল মখা মওংদা ফজনা শেমদোক্লবা হায়দুনা তোঙান তোঙানবা পণ্ডিতশিংদা শিন্নখি।

শ্লোক ২২

**অথর্বাঙ্গিরসামাসীৎ সুমন্তুর্দারুণো মুনিঃ।**
**ইতিহাস পুরাণানাং পিতা মে রোমহর্ষণঃ॥ ২২॥**

শব্দার্থ

অথর্ব্ব—অথর্ব্ব বেদ; অঙ্গিরসাম্—অঙ্গিরা ঋষিদা; আসীৎ—শিন্নরম্মী; সুমন্তুঃ—সুমন্তু মুনি হায়নসু খঙনবা; দারুণঃ—(অথর্ব্ব বেদদা) থৱাই য়াওশনবা; মুনিঃ—মুনি; ইতিহাস পুরাণানাম্—ইতিহাস অমসুং পুবাণশিংগী; পিতা—পম্বো; মে—ঐহাক্কী; রোমহর্ষণঃ—রোমহর্ষণ ঋষি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অথর্ব্ব-বেদদা থরাই হকচিন্না য়াওপ্রবা সুমন্তু মুনি অঙ্গিরাদা অথর্ব্ব বেদ পিন্নখি। ঐগী পন্থৌ রোমহর্ষণ ঋষিদা ইতিহাস অমসুং পুরাণশিং পিন্নখি।

নৈনবোল

অথর্ব্ব বেদগী নিয়মশিংদো চেৎনা অকায়বা য়াওহন্দবমখৈ ইল্লম্বা অঙ্গিরা মুনিনা অথর্ব্ব-বেদ চৎপশিংগী লুচিংবনি হায়না শ্রুতিমন্ত্রশিংদসু হায়রি।

শ্লোক ২৩

ত এত ঋষয়ো বেদং স্বং স্বং ব্যস্যন্নেকধা।
শিষ্যৈঃ প্রশিষ্যৈস্তচ্ছিষ্যৈর্বেদাস্তে শাখিনোঽভবন্ ॥ ২৩ ॥

শব্দার্থ

তে—মখোয়; এতে—মখোয় পুম্বসি; ঋষয়ঃ—অহৈবা পণ্ডিতশিং; বেদম্—বেদবু; স্বম্‌স্বম্—মশা মশাগী; ব্যস্যন্—থোকহন্‌খি; অনেকধা—মশীঙ য়াম্না থোক্না; শিষ্যৈঃ—শিষ্যশিংনা; প্রশিষ্যৈঃ—শিষ্যগী শিষ্যশিংনা; তৎশিষ্যৈঃ—প্রশিষ্যগী প্রশিষ্যশিংনা; বেদঃ তে—খায়দোক্লবা বেদশিং; শাখিনঃ—মশা মরেং মখল মখল; অভবন্—পোকখি, ওইখি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ঋষিশিং অসিনা মখোয়দা পিন্নখিবা বেদশিংদো মখোয়গী শিষ্য, প্রশিষ্য অমসুং প্রশিষ্যগী শিষ্য ময়ামদা পীথরম্মী; মতৌ অসুম্না বেদ-চৎপশিংগী শাখা ময়াম পোকখি।

নৈনরোল

জ্ঞান হৌরকপগী মরুদি বেদশিংনি। বেদনা মূল নত্তবা প্রাকৃত নত্রগা দিব্য জ্ঞানগী শাখা অমতা লৈতে। বেদশিংদগী শাখা ময়াম থোকখিহুনা শেমগৎখিবা ঙাক্তি। অহানবদদি মখোয়দু মহা ঋষিশিংনা শেমখিবনি। অমরোমদা হায়রগা, শিষ্য মথং মথং শাখা তোঙান তোঙান থোক্না থুগায়রবা বৈদিক জ্ঞানবু জগৎ পুম্বদা শন্দোকখি। মরমহুনা কনামতনা বেদগী বাংমদা লৈবা মরম্নাই জ্ঞান লৈজে হায়না দাবী তৌবা ঙম্লোই।

শ্লোক ৬

ত এব বেদা দুর্মেধৈর্ধার্য্যন্তে পুরুষৈর্যথা।
এবঞ্চকার ভগবান্ ব্যাসঃ কৃপণবৎসলঃ ॥ ২৪ ॥

শব্দার্থ

তে—মহু; এব—লেপ্পক; বেদাঃ—জ্ঞানগী লাইরিক; দুর্মেধৈঃ—বুদ্ধি-থাৎপা; ধার্য্যন্তে—খঙবা ঙম্মী; পুরুষৈঃ—মীশিংনা; যথা—ওম্না; এবম্—মতৌ অদুগুম্না; চকার—শেমদোকখি; ভগবান্—শক্তি চেনবা; ব্যাসঃ—ব্যাসনা; কৃপণবৎসলঃ—খঙদবা মীয়াম্বু নুংশিবা মহাক্না।

## মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতৌ অসুম্না মহর্ষি ব্যাসদেবনা খঙদবা মীয়াম্বু নুংশিবিদুনা বুদ্ধি-বাৎপা মীতাশিংনা লৌশনবা ঙম্নবা হায়দুনা বেদশিংবু শেমদোকখি।

## নৈনরোল

বেদদি অমখক্তনি; মসিবু শরুক শরুক ময়াম খায়দোকখিবগী মরমশিংদো মকমসিদা শুগাইনা তাক্লি। জ্ঞান পুম্নমক্কী মরু হায়বদি বেদসে মীচম অমনা লায়না খঙঙম্বা বিষয় নত্তে। মতিক চাবা ব্রাহ্মণ নৎত্রবদি কনামতনা বেদ হৈগে হায়না হোৎনবা চুমদে হায়বা অথিংবা লৈ। অথিংবসিবু শেরাম্নবা মণ্ড মখল মখলদা হায়নরি। ব্রাহ্মণ অমগী ইমুংদা পোক্লবতনা ব্রাহ্মণগী গুণ চেল্লে হাযনা দাবী তৌবা মী কাঙলুপ অমনা বেদ তম্বা হায়বসিদি ব্রাহ্মণ বর্ণতনা তমগদবনি হায়না দাবী তৌরি। অতোপ্পা মী কাঙবু অমনদি দাবী অসিবু ব্রাহ্মণগী ইমুংদা পোক্তবা অতৈ বর্ণগী মীশিংগী মফমদা তৌবা অন্যায় (চুমদবা) অমনি হায়না লৌই। কাঙবু অনীমকসে শেরাম্নবা লমজিং-বিরবনি। বেদ হায়বসিদি পরমেশ্বর ভগবান্‌না ব্রহ্মাজীদা ফাওবা শুগাইনা তাক্তবা য়াদবা বিষয়নি। মরমসিনা বিষয় অসে খ্বাইগী মান্নদবা সত্ত্বগুণ চেল্লবা মীতাদনা খঙবনে। রজঃ অমসুং তমঃ গুণ চেনবা মীনদি বেদগী অর্থ খঙবা ঙমদে। বেদনা তাকপা খমথেংবা পম্বুংদি পরমেশ্বর ভগবান শ্রীকৃষ্ণনি। পুরুষোত্তম অসিবু রজস্তমঃগী মীতানা খঙবদা য়াদা থোকই। সত্যযুগদদি মীপুম খুদিংমক সত্ত্বগুণ চেনবনি। খর খর তৌদুনা ত্রেতা অমসুং দ্বাপর যুগশিংদা সত্ত্বগুণগী ময়েং তাথরকই অদুগা মীয়াম প্রজানা মোংশল্লকই। হৌজিক ওইরিবা যুগসিদদি সত্ত্বগুণ ইলৈ লৈতবগুমলে। মরমদুনা মীয়াম প্রজাগী দমক খন্দুনা থৌজান হৈবা ভগবান্ ব্যাসদেবনা বেদশিংবু মশীং য়াম্না থোক্লা খায়দোকখি, মরমদি মদুগী ফল ওইনা বুদ্ধি বাৎপা মীতাশিংনা বেদশিংগী অর্থ খঙবা ঙমগনি। বাকমসি মথংগী শ্লোক অদুদা শুগাইনা তাক্লি।

## শ্লোক ২৫

**স্ত্রীশূদ্রদ্বিজবন্ধূনাং ত্রয়ী ন শ্রুতিগোচরা।**
**কর্ম্মশ্রেয়সি মূঢ়ানাং শ্রেয় এবং ভবেদিহ।**
**ইতি ভারতমাখ্যানং কৃপয়া মুনিনা কৃতম্॥ ২৫॥**

## শব্দার্থ

স্ত্রী—নুপীগী জাৎ; শূদ্র—জুগালিগী জাৎ; দ্বিজবন্ধূনাম্—দ্বিজগী (অনীরকহন্না পোক্লবশিংগী) মরীমতা নৎত্রগা মরূপ ওইবশিংগী; ত্রয়ী—অদুম; ন—নত্তে; শ্রুতিগোচরা—নাকোঙনা তাবদা হৈনগদবা, কর্ম্ম—থবকতা; শ্রেয়সি—য়াইফবদা; মূঢ়ানাম্—অপঙবশিংগী; শ্রেয়ঃ—অফবা; এবম্—অসুম্না; ভবেৎ—ওইহল্লি; ইহ—অসিনা; ইতি—অসুম্না খন্দুনা; ভারতম্—মহাভারত; আখ্যানাম্—ইতিহাসগী থৌদোকশিং; কৃপয়া—নুংশিবিদুনা; মুনিনা—মুনিনা; কৃতম্—লেংখি।

## মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নুপীশিং, শূদ্রশিং অমদি দ্বিজবন্ধুশিং মথোয়নচিংবা মীশিংনা বেদ অদুম শ্রবণ তৌবগী অধিকার লৈতে। মরমদুনা সংসারসিদা লেজনা তাকপা থবক [illegible] মীশিংগী করম্না য়াইফবা ওইগদগে হায়বদো খন্দুনা মহর্ষি বেদব্যাসনা নুংশিবনদগী মহাভারত-ইতিহাস লেংখিবনি।

নৈনরোল

'দ্বিজবন্ধু' হায়বদি ব্রাহ্মণ, ক্ষত্রিয়, বৈশ্যগী নত্রগা আধ্যাত্মিক সংস্কৃতি লৈবা ইমুংদা পোকপা অদুগা মখোয়গী মপা মপুগদি মাল্লদবা অদুগুম্বা মীতাশিং অদুবু হায়বনি। অসিগুম্বা বর্ণশিংগী মচা-মশুশিংসে সংস্কার (শেংদোকপা) তৌদবা মরম্মা মখোয়গী মচা-মশুনি হায়না লৌদে। সংস্কার কর্ম্মদি অঙাং অমনা পোক্তিন্দ্রৈদেগী হৌই। অদুগা মরু ওনবা সংস্কারদি গর্ভাধান (গর্ভদা হুনজনবা) সংস্কার কৌই। অসিগুম্বা গর্ভাধান সংস্কার হায়বদি আধ্যাত্মিক মায়কৈরোমদা অঙাওগী মশীঙ কক্তবগী থৌরাংগী মতুং ইন্দুনা পোক্লকপা নত্তবা মীদুদি 'দ্বিজ' পরিবারগী থাক্না অশেঙবনি হায়না লৌদে। গর্ভাধান সংস্কারগী মতুংদা অতৈ সংস্কার তৌগদবনি; মখোয়দুগী মমুঙদা উপনয়ন (মুগুণ থাংবা) সংস্কার অসি অমনি। মসি দীক্ষা লৌবা মতমদা তৌই। হায়রিবা সংস্কারসি তৌরবা মতুংদগী মী মাবু দ্বিজ (অনী-রক হুন্না পোক্লবা মী) কৌই। গর্ভাধান সংস্কারগী মমুঙদা মপোক অমা ওইরে অদুগা অনীশুবা মপোক্না দীক্ষাগী মতমদা ওইরে হায়নৈ। অসিগুম্বা মরু ওইবা সংস্কারশিং ইল্লবা মীদো অশেঙবা দ্বিজ কৌই।

মপাগা মমাগা অনীনা গর্ভাধান সংস্কারগী কর্ম্ম তৌত্রবা অদুগা ইরাঙদগীদা মচা পোক্লবা, অদু ওইরবদি মখোয়গী মচাশিংদো দ্বিজবন্ধু (দ্বিজশিংগী মরূপ নত্রগা মরীমতা) কৌই। দ্বিজবন্ধুশিংসে সংস্কার-বিধি নাইবা দ্বিজ পরিবারগী অঙাংশিংনা শিংবদো য়োনা শিংদে। দ্বিজবন্ধুশিংবু মশানা অদুম বুদ্ধি রাংচবা ওইরিবা শূদ্র অমদি মুপীগী কাঙবুলক্তা চল্লি। শূদ্রগা মুপীগদি উদ্বাহ (লুহোংবা) সংস্কার নত্তবা অতৈ সংস্কার অমতা তৌদে।

বুদ্ধি রাংপা মীগী কাঙবু হায়বদি মুপীশিং, শূদ্রশিং অদুগা অরাংবা বর্ণশিংগী গুণ-চেন্দবা মচা মশুশিংগীদি প্রাকৃত-নত্তবা বেদশিংগী তাৎপর্য্য খঙবদা চঙগদবা গুণশিংদো চেন্দে। মখোয়সিগীদমক মহাভারত লেংখিবনি। মহাভারতকী মথৌদি বেদগী মথৌ পাঙথোকপনি। মরমদুনা মহাভারতকী মমুংদা বেদগী সারাংশ ওইবা ভগবদগীতা হাপ্লিবনি। বুদ্ধি-রাংপা মীতাশিংদা মুংঙাইজবদি 'দর্শন' বুদ্ধি রারীনা হেল্লি। মরমদুনা বেদগী দর্শন অদু ভগবদগীতাগী মওংদা ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনা ঙাঙলিবনি। ব্যাসদেব অমসুং শ্রীকৃষ্ণদি প্রকৃতিগী রাংমদা লৈবনি হায়বদি দিব্যনি। মরমদুনা যুগসিগী লৈখা তারবা মীশিংগী য়াইফনবা তৌবদা তিন্নবা থবক পায়খৎলম্বনি। ভগবদগীতাসে বৈদিক জ্ঞান পুস্বগী মচিনি (সারনি) গীতাসি উপনিষদ্শিংগুম্বা আধ্যাত্মিক গুণ লৈবা অহানবদা পায়খৎনবা লাইরীক্নি। বেদান্ত দর্শন হায়বদুনা পরমার্থী স্নাতকশিংনা (spiritual graduates) তমগদবা বিষয়নি। স্নাতকোত্তর শ্রেণীগী বিদ্যার্থীতনা (post graduate spiritual student only) ভগবান্গী ভক্তি-সেবাদা চঙবদা মতীক চায়। ভক্তিযোগ হায়বসি মহৎ-বিজ্ঞান অমনি অদুগা মদুগী অচৌবা ওজানা (professor না) ভগবান্ শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুগী মূর্ত্তিদা পরমেশ্বর ভগবান্ মশামক্নি। মহাক্কী শক্তি-চঙবা মীতাশিংনা ভগবান্গী দিব্য ওইবা প্রেম-সেবাদা মী অতৈবু দীক্ষা পীবা য়াগনি।

শ্লোক ২৬

**এবং প্রবৃত্তস্য সদা ভূতানাং শ্রেয়সি দ্বিজাঃ।**
**সর্বাত্মকেনাপি যদা নাতুষ্যদ্ধৃদয়ং ততঃ ॥ ২৬ ॥**

### শব্দার্থ

এবম্—মতৌ অসুম্না; প্রবৃত্তস্য—থবক্তা চঙলবা মাগী; সদা—মতম পুম্নমক্তা। ভূতানাম্—জীবশিংগী; শ্রেয়সি—য়াইফনবদা; দ্বিজাঃ—হে দ্বিজশিং (অনীরক হুম্না পোক্লবশিং); সর্ব্বাত্মকেন-অপি—উপায় পুম্নমক তৌনা তৌনা; যদা—মতমদ্দুদা; ন তুষ্যৎ—পেল্লমদে; হৃদয়ম্—মথম্মোয় নত্রগা মপূক্লীং; ততঃ—মতমদ্দুদা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে দ্বিজশিং (অনীরক হুম্না পোক্লবা ব্রাহ্মণশিং)! জীব পুম্নমকী য়াইফ-মপুঙ ফানবা থবক্তা চঙশিল্লম্নবসু অদু ফাওবদা মাগী মথম্মোয়দো পেল্লমদে।

### নৈনরোল

শ্রীলব্যাসদেবদো জীব পুম্নমকী মায়কৈ শুনা য়াইফনবগীদমক বেদগী গুণ চেনবা লাইরিক ময়াম লেঙলবসু মথম্মোয়দো ইপেল পেল্লমদে। থবক তৌরিবা ময়ামসিনা মহাক পেনগনি হায়না আশা তৌজরম্বনি, অদুবু মমৈদদি মহাক পেঙবা ঙমখিদে।

### শ্লোক ২৭

**নাতিপ্রসীদদ্ধৃদয়ঃ সরস্বত্যাস্তটে শুচৌ।**
**বিতর্কয়ন্ বিবিক্তস্থ ইদং চোবাচ ধর্ম্মবিৎ ॥ ২৭ ॥**

### শব্দার্থ

ন অতিপ্রসীদৎ—য়াম্না পেল্লমদে; হৃদয়ঃ—থম্মোই; সরস্বত্যাঃ—সরস্বতী তুরেনগী; তটে—তোর্ববান্দা; শুচৌ—শুচি ওইরদুনা (হকচাঙ শেংনা); বিতর্কয়ন্—চিন্তা তৌদুনা; বিবিক্তস্থঃ—মথন্তমক লৈদুনা; ইদম্ চ—মসিবু; উবাচ—হায়রম্মী; ধর্ম্মবিৎ—ধর্ম্ম খঙবা মী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতৌ অসুম্না ব্যাসমুনিনা মথম্মোই পেন্দ্রবদা খুদক্তা চিন্তা তৌবা হৌখি, মরমদি মহাক্তি ধর্ম্ম খঙবনি, অদুগা মহাক্না মশা মথন্তদা হায়খি।

### নৈনরোল

ব্যাস মুনিনা মথম্মোইদা পেন্দবগী মরম খনবা হৌরম্মী। মপূক্লীং পেন্দবা কনামত্তনা সিদ্ধি ফংবা কদৌঙৈদসু য়াদে। পূক্লীং পেনবা হায়বসি প্রকৃতিগী বাংমদা থিরুগদবনি।

### শ্লোক ২৮-২৯

**ধৃতব্রতেন হি ময়া ছন্দাংসি গুরবোঽগ্নয়ঃ।**
**মানিতা নির্ব্যলীকেন গৃহীতঞ্চানুশাসনম্ ॥ ২৮ ॥**
**ভারতব্যপদেশেন হ্যাম্নায়ার্থশ্চ প্রদর্শিতঃ।**
**দৃশ্যতে যত্র ধর্ম্মাদি স্ত্রীশূদ্রাদিভিরপ্যুত ॥ ২৯ ॥**

### শব্দার্থ

ধৃতব্রতেন—ব্রত (তৌরগে হায়বা) অমগী মখাদা; হি—লেপ্পমক; ময়া—ঐনা; ছন্দাংসি—বেদ মন্ত্রশিং; গুরবঃ—গুরুশিংনা; অগ্নয়ঃ—যজ্ঞগী মৈ; মানিতা—মতীক চানা লাৎলবা; নির্ব্যলীকেন—তৌশন্নবা য়াওদবমখৈ; গৃহীতম্—লৌসু লৌরম্মী; অনুশাসনম্—য়াথং; ভারত—মহাভারত; ব্যপদেশেন—লেংবনি হায়শন্দুনা; হি—লেপ্পমক; আম্নায়-অর্থ—বেদগী অর্থ; চ—অমসুং; প্রদর্শিতঃ—চপ চানা উৎলম্মী; দৃশ্যতে—মপুঙ ফানা খঙভী; যত্র—মফমতুদা; ধর্ম্ম-আদি—ধর্ম্মগী লম্বী; স্ত্রী-শূদ্র-আদিভিঃ অপি মুপী অমসুং শূদ্রনচিংবনা; উত—হায়।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ঐনা লৌথুপ লৌকোই নৈতনা ব্রত লৌদুনা লেপ্পমক বেদবু, গুরুশিংবু অমসুং যজ্ঞগী মৈবু পূজা তৌজরে অমসুং মখোয়গী য়াথংসু ঙাক্লম্মী। অদুগা মহাভারত লেংবনি হায়শন্দুনা বেদগী অর্থ উৎখি, মতুনা মুপী অমসুং শূদ্রনচিংবনা ধর্ম্মগী লম্বী উবা ফংননবা।

### নৈনরোল

কনামতনা ব্রত চেৎপা ওইদ্রবদি অদুগা গুরু নাইদ্রবদি বেদগী অর্থ খঙবা ঙমদে। বেদার্থ খঙনীংবা মীনা বেদবু, গুরুবু অমসুং যজ্ঞগী মৈবু পূজা তৌগদবনি। বৈদিক জ্ঞানগী অকুপ্পা মরোলশিংসি মুপীশিংনা, শূদ্রশিংনা অমসুং দ্বিজবন্ধুশিংনা খঙবা ঙম্নবা হায়দুনা মহাভারত-তা মাচা খায়না পুথোক্লুনা লেংলি। মুগ অসিদদি বেদদগী মহাভারত-না হেন্না মরু ওইবনি।

### শ্লোক ৩০

**তথাপি বত মে দৈহ্যো হ্যাত্মা চৈবাত্মনা বিভুঃ।**
**অসম্পন্ন ইবাভাতি ব্রহ্মবর্চ্চস্যসত্তমঃ॥ ৩০॥**

### শব্দার্থ

তথাপি—অদুম ওইনমক; বত—অশোয়বা; মে—ঐগী; দৈহ্যঃ—হকচাঙদা লৈবা, হি—লেপ্পমক, আত্মা—জীবাত্মা; চ—অমসুং; এব—ফাওবা; আত্মনা—ইশামক্তা; বিভুঃ—মপুঙ ফাবা; অসম্পনঃ—য়াৎপা; ইব—গুম্না; আভাতি—ওইবা মাল্লি; ব্রহ্মবর্চ্চস্য—ব্রহ্মতেজ-লৈরবশিংগী; সত্তমঃ—অথোইবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

বেদ-বিভাগ তৌদুনা অমসুং মহাভারত লেংদুনসু দেহদুংদা লৈরিবা ঐগী আত্মা হায়বদি জীবাত্মাসি তশেংনমক মপুঙ ফারবসু অমসুং খ্বাইদগী য়াম্না হেল্লবা ব্রহ্মতেজ-চেনবা ওইরবা ফাওবদা করিনো অমা য়াৎপগুম্না হায়বদি মপুঙ ফাদবা অমগুম ওইনা তৌরি।

### নৈনরোল

করিমতা চিংননঙাই নৈতবমখৈ শ্রীলব্যাসদেব বেদগী থবক খুদিংমক্তা মপুঙ ফারবা অমনি। মায়াদা লুপ্পবা জীবাত্মাবু শেংদোকপদি বেদ বিধি মতুং ইন্না তৌরগদা য়াগদবনি, অদুবু পোলোইদি মায়দে। পোলোইগী ওইকম থোকপদু ওইদ্রবদি জীবাত্মানা মপুঙ ফাববু নৈতানা লৈবা ঙমদে। শ্রীলব্যাসদেবদো খঙনঙাই লংলা লৈজান অমা মাঙর্বিবগুম তৌরম্মী, অদুনা মথম্মোই পেল্লমদে।

শ্লোক ৩১

**কিংবা ভাগবতা ধর্ম্মা ন প্রায়েণ নিরূপিতাঃ।**
**প্রিয়াঃ পরমহংসানাং ত এব হ্যচ্যুতপ্রিয়াঃ ॥ ৩১ ॥**

শব্দার্থ

কিম্বা—নত্ত্রগা; ভাগবতাঃ ধর্ম্মাঃ—জীবশিংনা তৌবা হরিভক্তিগী থবকশিং; ন—নত্তে; প্রায়েণ—অয়াম্বা; নিরূপিতাঃ—পেল্লম্মী; প্রিয়াঃ—মুংশিবশিং; পরমহংসানাম্—সিদ্ধ পুরুষশিংগী; তে এব—মতুম্তু; হি—লেপ্পমক; অচ্যুত—লেঙদবা; প্রিয়াঃ—পাম্বা (অচ্যুতপ্রিয়াঃ—ভগবান্ বিষ্ণুনা তশেংনা পাম্বা)।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নত্রগা পরমহংসশিংগী হায়বদি বর্ণাশ্রমগী রাংমা লাল্লবা ভগবদ্ভক্তশিংনা পামজবা অদুগা ভগবান্ অচ্যুতনসু পাম্বা ভাগবত ধর্ম্ম হায়বদি হরিভক্তিগী থবকশিংদো ঐহাক হন্না হন্না কীর্ত্তন তৌত্রি (মীতোন্দা উৎত্রি)।

নৈনরোল

শ্রীলব্যাসদেবনা মপুক্লাং পেল্লমদবগী রাদো মফমসিদা মরম্নাইগী রাহৈদা ফোঙদোকচরি। মহাক্না পেল্লমদবসে জীবনা ভগবদ্ভক্তিদা লৈগদবা ফিভমতুমক্নি। ভক্তিযোগগী ফিভম অওইবদা লৈত্রগদি ভগবান্সু জীবসু মপুঙ ফানা পেনবা ঙম্মোই। অশোয়বসে মহাকী গুরু নারদ মুনিনা মনাক্তা লাকপা মতমদা মহাক খঙলকপগুম তৌই। মতু মথাদা হায়থরক্নি।

শ্লোক ৩২

**তস্যৈবং খিলমাত্মানং মন্যমানস্য খিদ্যতঃ।**
**কৃষ্ণস্য নারদোঽভ্যাগাদাশ্রমং প্রাগুদাহৃতম্ ॥ ৩২ ॥**

শব্দার্থ

তস্য—মহাকী; এবম্—অসুম্না; খিলম্—হন্থবা; আত্মম—জীববু; মন্য-মানস্য—পুক্নংদা খল্লুনা; খিদ্যতঃ—অরাবা ফোংদোক্লিবা; কৃষ্ণস্য - কৃষ্ণদ্বৈপায়ন ব্যাসগী; নারদঃ অভ্যাগাৎ—নারদা লেঙঙক্লম্মী; আশম—খাঙপোকশঙ; প্রাক্—মমাঙদা; উদাহৃতম্—হায়খ্রিবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীল কৃষ্ণদ্বৈপায়ন ব্যাসদেবনা মহাকী অশোয়বশিংগীদমক মথবাই মুংঙাইরমদবা মতমমতুদা নারদনা ব্যাসগী শঙ তাল্লা য়ৌরকখি।

নৈনরোল

অরাংপা অমা লৈরে হায়না ব্যাসনা খল্লম্লিবসে জ্ঞান রাংপদগী নত্তে। ভাগবত ধর্ম্মদি তশেংবা ভক্তি তৌবনি; মসিগুম্বা ধর্ম্মদা অদ্বৈতবাদীশিংনা চঙজবা ঙংদে। অদ্বৈতবাদীদি পরমহংসশিংগী (সন্ন্যাসীলক্তা খ্বাইদগী হেন্না সিদ্ধ ওইরবা মীশিংগী) মরক্তা চন্দে। শ্রীমদ্ভাগবতম্সে পরমেশ্বর ভগবান্গী

দিব্য লীলাগী ৱারী ঙাক্তনা থনবনি। ব্যাসদেব মশামক শক্তি চঙবা অবতার ওইরবসু মহাক্কী পেন্দবা লৈরম্মী মরমদি মহাক্কী লাইরিকশিংদা ভগবান্‌গী দিব্য লীলাশিংবু চপ চানা শুগাইরমদে। প্রেরণাসি (ইকনবসি) শ্রীকৃষ্ণনা ব্যাসদেবপী থম্মোইমুংদা সাক্ষ্যাৎ পীরম্বনি, মরমহুনা মহাক্কা মথক্তা পনগ্রবা পুরুংগী অৱাৎপা অসি খম্বরম্বনি। ভগবান্‌বু ভক্তি সেবা তৌবা নত্তবা থবক খুদিংমক শূন্যনি হায়বসি মকমসিদা লেপ্পমক কোঙদোকই। ভগবান্দা প্রেম সেবা কৎলবদি সকাম কর্ম্ম অমদি নির্ব্বিশেষবাদীশিংগী জ্ঞান মার্গগী মায়কৈদা করিমতা তৌরুত্রবসু য়াৱে।

শ্লোক ৩৩

**তমভিজ্ঞায় সহসা প্রত্যুত্থায়াগতং মুনিঃ।**
**পূজয়ামাস বিধিবন্নারদং সুরপূজিতম্ ॥ ৩৩ ॥**

শব্দার্থ

তম্ অভিজ্ঞায়—মহাক (নারদ) থুংলবনা মরম ওইবা মরাইবক ফবত্থু উরহুনা; সহসা—খঙ-হৌদনা; প্রত্যুত্থায়—লেপখৎলগা; অগতম্—লেঙলক্লিববু; মুনিঃ—ব্যাস মুনিনা; পূজয়ামাস—পূজা তৌখি; বিধিবৎ—হৌনবী মতুং ইন্না; (নক্লগা বিধি ব্রহ্মা'দা তৌবগুম্না); নারদম্—নারদবু; সুরপূজিতম্—সুরশিংনা (লাইয়ামশিংনা) পূজা তৌনরিবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীনারদনা লেঙলক্লবা মতমদা শ্রীব্যাসদেবনা খুদক্তা আসনদগী লেপখৎতুনা হৌনবী মতুং ইন্না (নক্লগা বিধি ব্রহ্মাদা তৌবগুম) পূজা কৎলম্মী।

নৈনরোল

'বিধি'গী অর্থদি ইহান হানবদা শাবা জীবনি। বেদগী ইহান হানবা ছাত্রসু মহাক্লি অদুগা ইহান হানবা অধ্যাপকসু (ওজাসু) মহাক্লি। মহাক্লা শ্রীকৃষ্ণদগী 'বেদ' তমখি অদুগা অহানবদা নারদদা তম্বিখি। আধ্যাত্মিক গুরু শিষ্য পরম্পরাগী পরেংদা নারদনা অনীশুবা আচার্য্যনি (ওজানি)। মহাক ব্রহ্মাগী প্রতিনিধিনি, মরমহুনা বিধি (নিয়ম য়ায়েন) পুন্নমক্কী মপা ওইবা ব্রহ্মাদা তৌবগুম্না মাবু পূজা তৌরম্মী। মতৌ অসুম্না তুং-তারকপা শিষ্যশিংবুসু ইহান হানবা গুরুগী প্রতিনিধিনি হায়হুনা পূজা তৌগদবনি।

অসুম্না ব্রহ্মসূত্রভাষ্য শ্রীমদ্ভাগবতম্‌গী অহানবা স্কন্ধদা শ্রীনারদগমনং (শ্রীনারদনা লেঙসকপা) কৌবা মরিশুবা অধ্যায়গী ভক্তিবেদান্ত নৈনরোল লোইরে।

# মঙাশুবা অধ্যায়

## ব্যাস নারদ সংবাদ

শ্লোক ১

**সূত উবাচ**

**অথ তং সুখমাসীন উপাসীনং বৃহচ্ছ্রবাঃ।**
**দেবর্ষিঃ প্রাহ বিপ্রর্ষিং বীণাপাণিঃ স্ময়ন্নিব ॥ ১ ॥**

শব্দার্থ

সূতঃ—সূতনা; উবাচ—হায়রম্মী; অথ—অতুগী তুংদা; তম্—মহাকপু; সুখম্ আসীন—মুংঙাইনা ফমুম্বা; উপাসীনাম্—মনাক্তা ফমুম্বা মীতুদা; বৃহৎ-শ্রবাঃ—ময়াম্মা খঙনরবা; দেবর্ষিঃ—লাইবক্তা চাউরিবা ঋষি; প্রাহ—হায়রম্মী; বিপ্রর্ষিম্—ব্রাহ্মণ-ঋষিদা; বীণাপাণিঃ—খুৎতা বীণা পায়বা মহাক, স্ময়ন্-ইব—মোমোন নোক্লুনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সূত গোস্বামীনা হায়রম্মী—অতুগী তুংদা ময়াম্মা খঙনরবা, বীণা খুৎতা পায়রিবা দেবর্ষিনা (নাবদনা) মুংঙাইনা ফমথরগা মোমোন মোমোন নোক্লুনা মনাক্তা ফমুগা ব্রাহ্মণ ঋষিদা (ব্যাসদেবদা) হায়থবম্মী।

নৈনরোল

নাবদনা মহর্ষি বেদব্যাসপু মুন্না খঙবা মরম্মা অতুগা মাগী পুক্লীং পেল্লমদবগী মরমসু খঙবনা মোমোন মোমোন নোক্লম্মী। ব্যাসদেবগী মপুক্লীং পেন্দত্তুনা নীঙবা কায়বগী মরমদি মহাক ভক্তিযোগগী বা উৎপদা বাৎলম্বননি হায়না মহাক্না (নারদনা) অস্নুম অস্নুম হায়থরকখিবনি। নারদনা ব্যাসগী অশোয়বা করিনো হায়বা খঙলম্মী, অতুগা মানা খঙলম্বতুসু ব্যাসনা লৈরম্বা ফীভম্না তাকই।

শ্লোক ২

নারদ উবাচ

**পারাশর্য্য মহাভাগ ভবতঃ কচ্চিদাত্মনা।**
**পরিতুষ্যতি শারীর আত্মা মানস এব বা ॥ ২ ॥**

শব্দার্থ

নারদঃ—নারদনা; উবাচ—হায়রম্মী; পারাশর্য্য—হে পরাশরগী মপারি (ব্যাসদেব); মহাভাগ—লাইবক ফবা; ভবতঃ—অদোমগী; কচ্চিৎ—ওইরিবরা; আত্মনা—নশানি হায়বনা; পরিতুষ্যতি—পেল্লি; (পবিতুষ্যতি কচ্চিৎ—পেল্লিবরা নত্রগা পেস্রবরা); শারীরঃ—হকচাঙবু আত্মানি হায়না লৌবা; আত্মা—আত্মা; মানসঃ—পুক্লীংবু আত্মানি হায়না লৌবা; এব—লেপ্পমক; বা—অমসুং, নত্রগা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে পরাশরগী লাইবক ফবা মপারি, হকচাঙবু নৎত্রগা পুক্নীংবু নশামক্রি (আত্মানি) হায়না লৌবনা নঙগী হকচাঙনা অমদি পুক্নীংনা পেনবা ঙম্নিবরা ?

নৈনরোল

ব্যাসগী নীঙবা কায়বগী মরমদা নারদনা ব্যাসদেবদা পীরম্বা ইঙ্গিতকী ৱানি মসি। মহর্ষি পরাশরগী মচানুপা ওইরগা ব্যাসদেবনা মপাইবুংঙোগী মতুং ইল্লবদি নীংবা কায়বগী মরম লৈরমফম থোক্কে। মহাত্মা অমনা আত্মাবু হকচাঙনি নৎত্রগা পুক্নীংনি হায়না লৌরমফম থোক্কবনি। জ্ঞান ৱাৎপা মীচম অমনদি হকচাঙবু নৎত্রগা পুক্নীংবু আত্মানি (মশামক্রি) হায়না লৌবা য়াই, অদুগা ব্যাসদেবনদি অদুম্মা তৌরমফম থোক্কে। পুক্নীং হকচাঙ নত্তবা আত্মাবু চাননা খঙদ্রবা মীদি হরাওবা ঙমদে।

শ্লোক ৩

**জিজ্ঞাসিতং সুসম্পন্নমপি তে মহদদ্ভুতম্।**
**কৃতবান্ ভারতং যত্ত্বং সর্ব্বার্থপরিবৃংহিতম্ ॥ ৩ ॥**

শব্দার্থ

জিজ্ঞাসিতম্—মপুঙফানা খঙনীংবা; সুসম্পন্নম্ ফজনা পাঙথোক্লবা; অপি—সু; তে—নহাক্কী; মহৎ-অদ্ভুতম্—চাওবা অমসুং ঙকপা; কৃতবান্—তৌরম্মী; ভারতম্—মহাভারত; (কৃতবান্ ভারতম্—মহাভারত লেংলে); যঃ ত্বম—নহাক্না তৌরম্না অদু; সর্ব্ব-অর্থ—অর্থ পুম্বা; পরিবৃংহিতম্—ব্যাখ্যা পাক্লা তৌরবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(ধর্ম্ম-নচিংবা) নঙনা খঙনীংবমখৈ মপুঙ ফানা খঙলে অদুগা থবক ওইনসু পাঙথোক্লে, মরমদি য়ৌনা ঙক্কঙাই ওইরবা ধর্ম্মার্থকামমোক্ষগী ৱা পুম্বনা থল্লবা মহাভারতসু লেংলে।

নৈনরোল

ব্যাসদেবগী মপুক্নীং থুংদবগী মরমদি জ্ঞান (খঙগদৌবা ৱা) ৱাৎপনা নংলমদে. মবমদি বিদ্যার্থী অমা ওইনা বেদশিংগী মরমদা মপুঙফানা হংনীঙবা মখৈ হংদুনা মহাক খঙলবনি, করিনা হায়ববু খঃবা মরম্মা বেদগী অর্থ পুম্বনা থল্লবা মহাভাবতসু মহাক লেংলে।

শ্লোক ৪

**জিজ্ঞাসিতধীতং চ ব্রহ্ম যত্তৎ সনাতনম্।**
**তথাপি শোচস্যাত্মানমকৃতার্থ ইব প্রভো ॥ ৪ ॥**

শব্দার্থ

জিজ্ঞাসিতম্—নীঙথিনা হংজল্লয়ে; অধীতম্—তম্লগা খঙলয়ে; চ—অমসুং; ব্রহ্ম—ব্রহ্ম; যৎ—মদু; সনাতনম্—নিত্য ওইবা; তথাপি—অদুম ওইনমক; শোচসি—(নংনা) মুংনাংজি; আত্মানম্—নশাবু; অকৃতার্থঃ—মহৈ য়াব্দবা; ইব—গুম্না; প্রভো—হে প্রভু।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে প্রভু, নিত্য ওইবা ব্রহ্মস্বরূপ অদুবু হংজন্দুনা খঙলবনি; অদুমক্তদা নশাবু মহৈ য়ান্দ্রবা অমনি হায়না মুংনাংলিবা করিগীনো?

### নৈনরোল

শ্রীব্যাসদেবনা খোমজনবা বেদান্তসূত্র নৎত্রগা ব্রহ্মসূত্র কৌবা লাইরিকসিদা নির্ব্বিশেষ ব্রহ্মস্বরূপ অদু মপুঙ ফানা নৈনরে, অদুগা মসিবু পৃথিবীগী মনুংদা খ্বাইদগী বাংবা দর্শনশাস্ত্রনি হায়না লৌনৈ। মসিদা নিত্য ওইবা হায়বদুসু নৈনৈ অদুগা নৈনবগী মওংসু অহৈবনা তৌবা মওংনি। অদুনা ব্যাস-দেবগী দিব্য পাণ্ডিত্যগী মরমদা করিমতা চিংননঙাই লৈতে। মরমদুনা মহাক করিগীদমক মুংনাংফম থোকপগে?

### শ্লোক ৫

### ব্যাস উবাচ

**অস্ত্যেব মে সর্ব্বমিদং ত্বয়োক্তং তথাপি নাত্মা পরিতুষ্যতে মে।**
**তন্মূলমব্যক্তমগাধবোধং পৃচ্ছামহে ত্বাত্মভবাত্মভূতম্॥ ৫॥**

### শব্দার্থ

ব্যাসঃ—ব্যাসদেবনা; উবাচঃ হায়রম্মী; অস্তি—লৈ; এব—লেপ্পমক; মে—ঐগী; সর্ব্বম্— পুম্নমক; ইদম্—অসি; ত্বয়া—নহাক্না; উক্তম্ -হায়বিবা; তথাপি—অদুম ওইনমক; ন—নত্তে; আত্মা—ইশাসে; পরিতুষ্যতে—পেল্লি; (ন পরিতুষ্যতে—পেন্দে); তৎ—মদুগী; মূলম্—মরু; অব্যক্তম্—ফোঙদোকপা ঙমদবা (ওই); অগাধবোধম্- ঙমখৈ নাইদবা জ্ঞান লৈবা মী; পৃচ্ছামহে—হংজরি; ত্বা—নঙোন্দা; আত্মভব—মথন্তনা ওইরকপা (মপা মমা য়াওদনা পোকপা); আত্মভূতম্—মচা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীব্যাসদেবনা হায়রম্মী—নঙনা ঐগী মরমদা হায়রিবদো পুমচুম চুম্মী। অদুম ওইনমক পুক্নীং লৈতাফম খঙদরে। মরমদুনা ঐগী পুক্নীং মুংনাংবগী মরমদুনা নঙোন্দা হংজরি, মরমদি নহাক্তি আত্মভব (মথন্তা ওইবা, মপা মমা য়াওদবা) ব্রহ্মাগী মচানুপানিনা ঙমখৈ নাইদবা জ্ঞানগী মপুনি।

### নৈনরোল

প্রাকৃত জগৎতা মীপুম খুদিংমক মশাবু হকচাঙনি নত্রগা পুক্নীংনি (মন) হায়না লৌই। মতৌ অসুম লৌবনা, প্রাকৃত জগৎতা শন্দোক্লিবা জ্ঞান পুম্নমক হকচাঙগা নৎত্রগা পুক্নীংগা মরী লৈনৈ। মদুনা নীঙবা কায়বগী মরুওইবা মবন্নি। বাফমসি প্রাকৃত জ্ঞানগী খ্বাইদগী হেন্না খঙবা পণ্ডিত ওইববফাওবদা কনামতনা খঙদে। মরমদুনা নীঙবা কায়বা পুম্বগী থোরকফম মরমদু নারদ-কুম্বা মী অমদা চঙজদুনা হংফম থোকই। শ্রীনারদদা চঙজফম থোকপগী মরমদো মখাদা শন্দোক্লা হায়রি।

### শ্লোক ৬

**স বৈ ভবান্ বেদ সমস্তগুহ্যমুপাসিতো যৎপুরুষঃ পুরাণঃ।**
**পরাবরেশো মনসৈব বিশ্বং সৃজত্যবত্যত্তি গুণৈরসঙ্গঃ॥ ৬॥**

### শব্দার্থ

স—নহাক, বৈ—লেপ্পনক; ভবান্—অদোম্না, বেদ—খঙভী; সমস্ত—লোইনমক; গুহ্যম্—অথুপ্পা; উপাসিতঃ—(মাগী) ভক্ত; যৎ—মরম্না; পুরুষঃ—পরমেশ্বর ভগবান্; পুরাণঃ—লিরেন-লিবা; পরাবরেশঃ—প্রাকৃত অমসুং অপ্রাকৃত জগৎ অনিমক্কী মবুংঙো; মনসা—পুক্কীংনা; এব—তনা; (মনসা এব—নীঙবতনা); বিশ্বম্—বিশ্বজগৎপু; সৃজতি—শেম্মী, অবতি—ঙাকই; অত্তি—লোইশল্লি; গুণৈঃ—প্রাকৃত গুণ শীজিন্নদুনা; অসঙ্গঃ—শম্নবদি তৌদবা ওইদুনা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতৌ অসুম্না নহাক অথুপ্পা রা পুন্নমক খঙভী, মরমদি নহাক্তি প্রাকৃত জগৎপু শেম্বা অমসুং লোইশল্লিবা, অদুগা অপ্রাকৃত জগৎপু ঙাকশেল্লিবা প্রাকৃত গুণ অদুমগী রাংমদা লৈবা আদি পুরুষ বিষ্ণুবু উপাসনা তৌরিবনি।

### নৈনবোল

ভগবান্গী সেবাদা পুঙচঙ চঙথবা মীদি জ্ঞান পুম্বগী খুদমনি। ভক্তিযোগদা মপুঙ ফানা মুপ্পবা ভগবদ্ভক্ত অসিগুম্বদি ভগবান্গী মগুণ চঙদুনা মপুঙফাবা অমা ওই। মতৌ অসুম্না ওইবনা, হঠযোগগী সিদ্ধিশিংদুদি (অষ্টসিদ্ধি হায়বদুদি) ভক্তদুগী দিব্য শক্তিগা চাংদম্নবদা করিসু ওইদে। নাবদগুম্বা ভক্ত অমনা মহাক্কী দিব্য সিদ্ধিগী মপান্না অঙক অঙকপা মওংদা থবক তৌবা ঙম্মী। হায়রিবা দিব্য-সিদ্ধিসে মীপুম খুদিংনা যংগে হায়না হোৎনরি। শ্রীলনারদদি ভগবান্মক্তা মান্নব্রবসু মপুঙ যাবা সিদ্ধ পুরুষ অমনি।

### শ্লোক ৭

**ত্বং পর্য্যটন্নর্ক ইব ত্রিলোকীমন্তশ্চরো বায়ুরিবাত্মসাক্ষী।**
**পরাবরে ব্রহ্মণি ধর্ম্মতো ব্রতৈঃ স্নাতস্য মে ন্যূনমলং বিচক্ষ্ব ॥ ৭ ॥**

### শব্দার্থ

ত্বম্—নহাক; পর্যাটন্—কোয়চৎ চৎদুনা; অর্কঃ—নুমিৎ (সূর্য্য), ইব—গুম্না; ত্রিলোকীম্ মরোল অহুম; অন্তঃ-চরঃ—মীপুম খুদিংগী থম্মোইনুংদা চঙবা ঙম্মী; বায়ুঃ ইব—নুংশিৎকুম্না; আত্মাসাক্ষী—বুদ্ধি-বৃত্তি-উবা; পরাবরে—অথোইবা অমসুং হন্থবা (কার্য্য-কারণগী মতাঙদা); ব্রহ্মণি—ব্রহ্মদা, (পরাবরে ব্রহ্মণি—পরম ব্রহ্ম অমসুং বেদ কৌবা অবর ব্রহ্মদা); ধর্মতঃ—হৌনবী নিয়ম তুংইন্না, ব্রতৈঃ—স্বধ্যায়-নচিংবা ব্রতশিংদা; স্নাতস্য—লুপ্পবগী; মে—ঐগী, ন্যূনম্—রাৎপা; অলম্ তশেংনা, বিচক্ষ—বিচার তৌরগা হায়বিয়ু।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নহাক্তি ত্রিলোক (মরোল অহুম) কোয়চৎ চৎদুনা নুমিৎকুম্না লোইনা উবনি। যোগ শক্তিগী মতেঙনা নুংশিৎকুম্না জীব পুম্নমক্কী থম্মোইনুংদা চঙদুনা ঐখোয়গী বুদ্ধি-বৃত্তি (বুদ্ধি মতৌ) খঙবা ঙম্মী। মরমদুনা ঐহাকসে যোগশক্তিনা পরম ব্রহ্মবু খঙলবসু অদুগা স্বাধ্যায়-নচিংবা ব্রত তৌদুনা বেদ কৌবা অবর (হন্থবা) ব্রহ্মবু খঙবা অমা ওইরবসু ঐগী কৈনোমা য়াম্না কন্না রাৎপগুম তৌরিবসে করিগীনো হায়বদো বিচার তৌবিরগা খরা হায়বিয়ু।

নৈনরোল

আত্মা উপলব্ধি, পুণ্য কর্ম্ম, দেবতা উপাসনা, দান (লেন্না পীথোকপা), ঙাকপিহৈবা, অহিংসা (হাৎনিং চৈনিংদবা), অকনবা ব্রত চৎতুনা শাস্ত্র অধ্যয়ন (নৈনবা)—ময়ামসে মতম পুম্নমক্তা কান্নবনি।

শ্লোক ৮

শ্রীনারদ উবাচ

**ভবতানুদিতপ্রায়ং যশো ভগবতোঽমলম্ ।**
**যেনৈবাসৌ ন তুষ্যেত মন্যে তদ্দর্শনং খিলম্ ॥ ৮ ॥**

শব্দার্থ

শ্রীনারদঃ—শ্রীনারদনা; উবাচ—হায়রকই; ভবতা—নহাক্না; অনুদিতপ্রায়ম্—থাগৎখিদবগুম্বা; যশঃ—মিংচৎ; ভগবতঃ—ভগবান্গী; অমলম্—মক্তবা; যেন—মতুনা; এব—লেপ্পমক; অসৌ—মহাক (ভগবান্); ন—নত্তে; তুষ্যেত—পেল্লি; (ন তুষ্যেত—পেন্দে); মন্যে—ঐনা খল্লি, তৎ—মতু; দর্শনম্—জ্ঞান, শাস্ত্র; খিলম্—হন্থবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীনারদনা হায়রম্মী—ভগবান্গী মক্তবা মিংচৎ অদু নহাক্না তশেংনা থাগৎতরি। ভগবান্গী যশঃ-কীর্ত্তন নত্তবা ধর্ম্মনচিংবা জ্ঞান নৈনবনদি ভগবাম্না পেন্দে, অদুগুম্বা জ্ঞানদি হন্থবনি হায়বদি অরাৎপা য়াওরবনি হায়না ঐনা খল্লি।

নৈনরোল

জীবাত্মাগা পরমেশ্বর ভগবান্গা মতম পুম্বদা লৈনরিবা মরিদি নিত্য সেবাগা (সেবা তৌকম ওইবা মহাক্না) নিত্য সেবক অমগা লৈনবা মরীনি। জীবাত্মাশিংদগী সেবা লৌগে হায়বগীদমক ভগবান্না মশাগু জীবাত্মা ময়াম ওইনা থোকখিবনি, মসিগীনা ভগবান্ অমসুং জীবাত্মাশিংবু পেলহল্লি। ব্যাসদেবগুম্বা শাস্ত্রকার অমনা বৈদিক সাহিত্যবু পাক শন্দোক্না শেমদোকপনা বেদান্ত দর্শন ফাওবা তৌথরে, অদুবু মখোয় অমতদা ভগবান্গী যশঃ কীর্ত্তন চপ চানা তৌবা অমতা য়াওরমদে। পর-তত্ত্বগী মরমদা চগংনবা দর্শনগী জ্ঞান নৈনদুনসু মদুদা ভগবান্গী থাগৎনঙাই ওইবা যশঃ কীর্ত্তন য়াওদ্রবদি কনাবুসু পেলহনবা ঙমদে। তত্ত্ব-জ্ঞানগী অরোইবা রাদি পরমেশ্বর ভগবান্না ওইবনি। নির্ব্বিশেষ ব্রহ্ম ওইনা নৎত্রগা পরমাত্মা ফংবনা পীবা মুংঙাইবদি ভগবান্গী যশঃ কীর্ত্তন তৌবদগী ওইরকপা মুংঙাইবদগী হন্থে।

বেদান্তদর্শনগী গ্রন্থকর্ত্তাসু ব্যাসদেব মশামক্নি। মশামক্না গ্রন্থকার ওইনমক মহাক পেপ্পরমদে। মরমসিনা গ্রন্থকর্ত্তা মশামক্না অপান্নবা ব্যাখ্যা তৌরমদবা বেদান্তগী পাঠক অমসুং শ্রোতানা করম্বা আনন্দনো ফংগদৌরিবা? মরমসিনা বেদান্তসূত্রবু শ্রীমদ্ভাগবতম্গী মওংদা বেদান্তসূত্র লেংবা ব্যাসদেব মশামক্না ব্যাখ্যা তৌবা তাখিবনি।

শ্লোক ৯

**যথা ধর্ম্মাদয়শ্চার্থা মুনিবর্য্যানুকীর্ত্তিতাঃ।**
**ন তথা বাসুদেবস্য মহিমা হ্যনুবর্ণিতঃ॥ ৯॥**

### শব্দার্থ

যথা—অদুথক; ধর্ম্ম-আদয়ঃ—ধর্ম্মনচিংবা পুরুষার্থ মরি; চ—অমস্থুং; অর্থাঃ—মরমশিং; মুনিবর্য্য—মুনি অখোইবা নহাক্না; অনুকীর্ত্তিতাঃ—হনজন হনজন্ ইথিবা; ন—নত্তে; তথা—অদুম্না; বাসুদেবস্য—বাসুদেবগী মহিমা—মতিক মগুণ; হি—লেপ্পমক; অনুবর্ণিতঃ—তত্তনা বর্ণনা তৌখি; (ন অনুবর্ণিতঃ—তত্তনা বর্ণনা তৌদে।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে মুনি অখোইবা, নহাক্না লেংখিবা লাইরিকশিংদুদা ধর্ম্ম-অর্থ-কাম-মোক্ষ হায়বা মরিসিবু পুরুষার্থ মকোক ওইনা বর্ণনা তৌবগুম ভগবান্ বাসুদেবগী মহিমাদি মরু ওইবা রা ওইনা লেপ্পমক বর্ণনা তৌখিদ্রে।

### নৈনরোল

শ্রীলব্যাসদেবনা পেল্লমদবগী মরম শ্রীনারদনা তন্না হায়খিরম্মী। মহাক্কী পেন্দবগী মরু ওইবা মরমদি মহাক্না পুরাণময়াম লেংবদা ভগবান্গী যশঃ কীর্ত্তন থো-ওইনা তৌরমদবা অদুনি। তৌবগীবু হায়রুরগদি মহাক তশেংনমক ভগবান্গী (শ্রীকৃষ্ণগী) মহিমা কীর্ত্তন তৌই, অদুবু মহাক্না ধর্ম্ম অর্থ কাম (ইন্দ্রিয় পেনবা) অমস্থুং মোক্ষগী (অরান খুভমগী) মরমদা য়াম্না ইবগুম্নদি ইরমদে। হায়রিবা চতুর্ব্বর্গসি ভগবদ্ভক্তিদগী য়াম্না হন্থবা পেংনি। খেন্নবসি শ্রীব্যাসদেবনা শক্তিচেনবা গ্রন্থকার অমা ওইবনা মুন্না খঙলম্মী। অদুম ওইনমক হেন্না ফবা থবক্না থোশাগেদি হায়দদুনা মহাক্কী মমল য়াম্নবা মতমদু শেরান্নুনা য়াম্নবস্থু য়ামদ্রবস্থু শীজিন্নরম্মী। মতৌ অদুম তৌবনা মহাক নীঙবা কায়বা হায়বদু ওইরম্মী। মসিদগী করি উৎলিবগে হায়ববু ভগবান্গী ভক্তিদা চঙবা নত্তনা কনামতনা পেনজবা ঙমদে হায়বসিনি। ভগবদ্গীতাদা রাফমসি তশেংনা তাক্লি।

ধর্ম্মনচিংবা চতুর্ব্বর্গগী অরোইবদা পল্লিবা মোক্ষ (অরান খুভম) হায়বসি ফংলবা মতুংদা মকুবা ভক্তিযোগদা চঙগদবনি। মতাঙসিবু ব্রহ্মভূত অবস্থা (আত্মা-উপলব্ধিগী মতাঙ) কৌই। ব্রহ্মভূত ওইরবদা মীপুম খুদিংনা পেনবা ঙম্মে। অদুবু পেল্লিবসি দিব্য আনন্দগী অহৌবনি। অমগা অমগা মরী লৈনবা সংসারসিদা মথং মথং চাওখৎলগা মীচঙ মীথায় নাইদবা অদুগা চপ মান্ননা য়েংবা ফিভমদুস্থু ফংলকনি। অরা মুংঙাইগী ইথক্না য়ৈবা ঙমব্রবা ফীভমদু লাম্হোক্লগা ভগবান্গী চপ য়ুংলবা প্রেম সেবাদা লৈবা ঙমগনি। মসি ভগবদ্গীতাদা ভগবান্মক্না তাকপনি। নৈনরিবা রাফমসিগী রারোই হায়ববু ব্রহ্মভূত অবস্থাদু কায়দমবা অদুগা উপলব্ধিগী মচাঙ অদুস্থু অস্থুম অস্থুম হেনগৎনবা ব্যাসদেবনা থরাই য়াওনা অমস্থুং হন্না হন্না ভক্তিযোগবু বর্ণন তৌগদবনি হায়বসে শ্রীনারদনা ব্যাসদেবদা তাকপিখি।

### শ্লোক ১০

**ন যদ্বচশ্চিত্রপদং হরের্যশো জগৎপবিত্রং প্রগৃণীত কর্হিচিৎ।**
**তদ্বায়সং তীর্থমুশন্তি মানসা ন যত্র হংসা নিরমন্ত্যুশিক্ক্ষয়াঃ ॥ ১০ ॥**

### শব্দার্থ

ন—নত্তে; যৎ—মদু; বচঃ—রাহৈশিং; চিত্রপদম্—লৈতেংগী ওইবা; হরেঃ—ভগবান্গী; যশঃ—মিংচৎ; জগৎ—জগৎ; পবিত্রম—শেংদোক্নবা; (জগৎপবিত্রম্—জগৎপু শেংদোকঙাই ওইবা); প্রগৃণীত

--কীর্ত্তন তৌই; (ন প্রগৃণীত—কীর্ত্তন তৌদ্রে); কর্হিচিৎ—কদৌঙৈদসু; তৎ—মতু; বায়সম্—কাকশিং; তীর্থম—লাইফম; উশন্তি—ওই হায়না খল্লী; মানসাঃ—সাধুশিংনা; ন—নত্তে; যত্র—মফমতুদা; হংসাঃ—পরমহংস ওইবা সাধুশিংনা; নিরমন্তি—নুংঙাইবা, উশিক্‌ক্ষয়াঃ-কমনীয় (পান্নঙাই) ব্রহ্মদা লৈবা ভক্তশিংনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

জগৎপু পবিত্র ওইহন-ঙম্বা ভগবানগী যশঃ (মিংচৎ, মহিমা) বর্ণনা তৌদবা বাহৈশিংদো সাধুভক্তশিংনা কাকশিংগী শান্নফম ওইবা তীর্থনি হায়না লৌই। পরমহংস ওইবা অমদি কমনীয় (পান্নঙাই ওইবা) ব্রহ্মদা লৈরবা যতিশিংনা লৈতেং ওইবা বাহৈ ওইরবসু বাহৈশিংদুদা নুংঙাইজবা ঙমদে।

নৈনরোল

কাকা কাওঙগা অনিসি মখোয়গী পুকচেল মীৎয়েং মতুং ইন্না জাৎ অমতগী উচেক নত্তে। কর্ম্মী নৎত্রগা রাজসিক ওইবা মীতাশিংগা কাক কৌবা উচেকা চাংদমনরি অতুগা পরমহংস ওইবা সাধুশিংগা কাওঙগা চাংদমনরি। রজঃ গুণ চেনবা সকাম কর্ম্মীশিংনা য়ুনে, নুপীনে অতুগা ইন্দ্রিয়গী নুংঙাইবা ফংগদৌবা মফমনে—ময়ামসিদা নুংঙাইজে, মতুগুমনা কাকশিংনা লুখাককোমদা নুংঙাইজে। কাকশিংগী তিন্নফম অতুদা কাওঙশিংনা নুংঙাইবা ঙমদে। অতুগী মহুত্তা কাওঙশিংদি পোৎকী মমি তাবা উবা অতুগা থরো থম্বালনা লৈতেং ওইনা শাৎপা প্রকৃতিগী ফজরবা ইতুংফমদা শান্নবা পাম্মী। উচেক জাৎ অনিসিগী খেন্নবা হায়বদো অসিনি।

প্রকৃতিনা পুন্সিগী জাৎ তোঙান তোঙানববু তোঙান তোঙানবা পুকচেল চেলহল্লি। অতুনা মখোয় লোয়নমকপু থাক অমতদা পুখৎলকপা য়াদে।

মতৌ অতুগুম্না তোঙান তোঙানবা সাহিত্যা জাৎ লৈ। কাকুম্বা মীতাগী পুক্লীং হুননবা কৈথেলদা থোকপা লাইরিক অয়াম্বদি লুখাককুম্বা ইন্দ্রিয় পেন্নঙাই ওইবা বিষয়গী লাইরিক ঙাক্লি। মখোয়দো অয়াম্বা মতমদা স্থূল (অপোবা) দেহ অমসুং সূক্ষ্ম (অকুপ্পা) মন-গী মরমদা ঙাওনবা সংসারগী ওইবা রানি হায়না খঙনৈ। য়ুম্বান-কৈবানগী ওইবা উপমা (চাংদম্নবা) অলঙ্কারনা লৈতেংলবা লোন্দাদা ইবা বিষয় ঙাক্তনি মখোয়দো। অতুম ওইনমক মখোয়তুনা ভগবানগী যশঃ কীর্ত্তন তৌদে। অসিগুম্বা বারেং শৈরেংদি বিষয় অমগী হেক্তা ওইরবসু অশিবা হকচাঙগী লৈতেংনি হায়না লৌই। কাওঙগা চাংদম্নবা ভক্তিযোগদা চাওখৎলবা পরমহংসশিংনা ভক্তি লৈতবা মীতাশিংবু নুংঙাইহনবা লাইরিকশিংদুদা নুংঙাইবা ঙমদে। রাজসিক অমসুং তামসিক গুণগী সাহিত্যশিংসে মমিং মথা তোঙান তোঙানবদা ফোঙতুনা মীয়ামদা য়েম্বোকই, অতুবু মখোয়না মীওইবনা আধ্যাত্মিক মার্গদা চঙবদা মত্তেং পীবা ঙমদে; মরমতুনা কাওঙগুম্বা পরমহংসশিংদা য়ুম্বান-কৈবানগী লাইরিকশিংতুনা করিসু কান্নবা পীদে। অসিগুম্বা সাধুশিংবু 'মানস' হায়নসু কৌনৈ, মরমদি আধ্যাত্মিক মার্গদা চঙলিবা সাধুশিংসিনা ভগবানদা তৌগদবা ভক্তি অতুবু ময়েং তাদনবা হোৎনৈ। মখোয়দি ইন্দ্রিয় পেন্নবা কর্ম্ম অতুগা জ্ঞান মার্গগী সূক্ষ্ম বিতর্কবু (য়েৎনববু) পামদে।

ইন্দ্রিয়গী নুংঙাইবগী মায়কৈদা চাওখৎলগা মপুঙফানা নুংঙাইজরিবা সমাজিক বিষয়গী সাহিত্যকাবশিং, বৈজ্ঞানিকশিং, মীরয়েনগী শৈরেংবশিং, চীনবুংগী দার্শনিকশিং, অতুগা রাজনীতি য়াওরিবশিংসে প্রাকৃত শক্তিনা শান্নরিবা লাইকদিবী ঙাক্লি। মখোয়রুদি হন্দোকখাক ওইবা বিষয়শিংগী মফমদা নুংঙাইজে। শ্রীধরস্বামীগী মতুং ইন্না মসিগুম্বা মনুংঙাইসে বেশ্যা-পাম্বা মীতাশিংগী মনুংঙাইনি।

অদুগা ভগবান্গী যশঃ কীর্ত্তন তৌবা লাইরিকশিংদি মীওইবগী মথৌগী মচি করিনো হায়বা খঙলবা পরমহংসশিংদা মুংঙাইবা পী।

## শ্লোক ১১

**তদ্বাগ্বিসর্গো জনতাঘবিপ্লবো যস্মিন্ প্রতিশ্লোকমবদ্ধবত্যপি।**
**নামান্যনন্তস্য যশোঽঙ্কিতানি যৎ শৃণ্বন্তি গায়ন্তি গৃণন্তি সাধবঃ ॥ ১১॥**

### শব্দার্থ

তৎ—মদু; বাক—ৱাহৈ; বিসর্গঃ—শাগৎপা; জনতা—প্রজা মীয়াম; অঘ—পাপ; বিপ্লবঃ—অহোংবা থোকহনবা; যস্মিন্—মদুদা; প্রতিশ্লোকম্—শ্লোক (শৈত্তুপ) খুদিংমক; অবদ্ধবতি—নিয়ম কায়না লেংলবা; অপি—সু; নামানি—দিব্য ওইবা মীশিং; অনন্তস্য—ঙমখৈ-লৈতবা ভগবান্গী; যশঃ—মিংচৎ; অঙ্কিতানি—য়েকপা; যৎ—মদু; শৃণ্বন্তি—নাকোংনা তাই; গায়ন্তি—শৈশকই; গৃণন্তি—লৌই; সাধবঃ—সাধুশিংনা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ঙমখৈ-লৈতবা ভগবানগী মহিমা তাকপা নাম পুম্নমক য়াওবা ৱাহৈ পরেংশিংদুগী শ্লোক খুদিংমক ফজবা শব্দনা লেংবা ওইত্রবসু ( হায়বদি প্রসাদ গুণ চেন্দ্রবসু ) অদুগুম্বা ৱারেং-শৈরেংনা মী পুম্নমক্কী পাপ মাঙহল্লী; মরমদি ভগবানগী নামশিংদো ঙাঙবিনবা মী লৈরগনা সাধুশিংনা শ্রবণ তৌই, ঙাঙবিনবা লৈত্রগনা মশা মশানা শক শোল্লি অদুগা শ্রোতা (তাবিনবা মী) লৈরগনা মথোয়গী মফমদা কীর্ত্তন তৌদুনা তাহল্লি।

### নৈনরোল

খ্বাইদগী ফত্তবা পোৎলম্কুগী খ্বাইদগী ফবা পোৎ খঙৎপা হায়বসে ৱাখল লৈবা অচৌবা মীশিংগী মগুণনি। অশিংবা মীদি হু মপৈদগী অমৃত লৌথোকপা, অমোৎপা মফমদগী ফাওবা সনা লৌবা, খ্বাইনা খঙনদবা ইমুংদগী অফবী গুণ চেনবী মুপী পান্নবা, হরিজন মরক্কুগী থোরকপা মী নৎত্রগা ওজাদগী ফাওবা পাওতাক লৌবা হায়বসি তৌকম থোকই হায়নৈ। পাওতাকশিং খরদি মফম খুদিংদা মীপুম খুদিংদা চৎনবা য়াবা পাওতাক্লি। অদুগা সাধুদি মীচম অমদগী য়াম্না হেল্লি। মহাক্তি মতম পুম্বদা ভগবান্গী মহিমাগুণ শক শোন্দুনা লৈ, মরমদি পরমেশ্বর ভগবান্গী পবিত্র ওইবা নাম যশঃ শন্দোকপনা জগৎকী অমোৎপা কোক্কনি, অদুগা শ্রীমদ্ভাগবতম্গুম্বা প্রাকৃত-নত্তবা লাইরিকশিংবু প্রচার তৌবগী ফল ওইনা মীওইবশিংনা মথোয়না থবক তৌরুবদা বুদ্ধি তানা তৌগনি। শ্রীমদ্ভাগবতম্গী নৈনখিবা শ্লোকসি টীকা ইরিঙৈদা ঐখোয়গী মাঙদা খুদোং থীবা অমা থুংলৈ। ঐখোয়গী য়ুম্লোন্নবা মরুপ চীন দেশনা ভারতকী সীমানাদা লান্দারে। রাজনীতিগী ক্ষেত্রদা ঐখোয়গী ইথৌ থাঙ্জেংশেংবদি করিসু লৈতে, অদুম ওইনমক ঐখোয়না উবা অমদি লৈ মদুদি মমাঙঙৈদা চীন অমসুং ভারত অনীমক লৈরম্মী অদুগা নখোয় অনীমক শান্তিদা করিমতা য়েং-খিনদবমখৈ শতাব্দী কয়া য়াম্না লৈনরকই। মদুগী মরমদি মতম অদুদা মখোয় অনীমক ঈশ্বরগী ৱাখলদা লৈমিন্নরম্মী, অদুগা মালেম পুম্বগী দেশ খুদিংমক ঈশ্বরবু কিবা, থম্মোই-শেংবা অমসুং চম্না লৈবা ওইরম্মী, চীনগা ভারতকা অনীসিনা খুন্দাবা য়াদবা লমচেৎকীদমক থৎনফম থোক্কবনি অদুগা ৱাফমসিগীদমক লাল তৌনফম থোক্কবনি। অদুবু কলি যুগগী প্রভাবনা কনখিবনা

খংননিংঙাই মরম মচাম্রতং থোরকপদা হেক্তা খংনৈ হায়বসে ঐখোয়না নৈনখিবত্থনি। মসে ৱাকন্না নত্তে, যুগ অসিগী অমোংপা ইরাংননি। মী কাঙলুপ অমনা মথৌমক ওইনা ভগবান্‌গী নাম-যশঃ শন্দোকপৰু থিংনবা প্রচার তৌরি। মরমত্থনা শ্রীমদ্ভাগবতম্‌গী মপাওসে পৃথিবী পুম্বদা শন্দোক্লবা য়াম্রবনি। শ্রীমদ্ভাগবতম্‌গী দিব্য বাণীসে শন্দোক্লনা জগৎকী পরম মঙ্গলগীদমক অত্থগা ময়াম্না পাম্নরিবা জগৎ শান্তিগীদমক হোৎনবনা দায়িত্ব খঙবা ভারতবাসী খুদিংমক্কী মথৌনি। ভারতনা মাগী তৌকম থোকপা মথৌসি থৌশাদবা মরম্না পৃথিবী পুম্বদা খংন-চৈনবা অমদি অৱাবা ঙাক থোক্লিবনি। শ্রীমদ্ভাগবতম্‌গী দিব্য বাণীবু পৃথিবীগী লুচিংবশিংতনা লৌরবদি শোয়দনমক থম্মোই হোংবা হায়বত্থ ওইগনি অত্থগা অত্থুম প্রজা মীয়াম্নশু লুচিংবশিংত্থগী তুং ইনজগনি হায়বসে ঐখোয় থাজে। হৌজিক কালগী রাজনীতি-নেতাশিংগী মথুত্তা প্রজা মীয়ামদি লৈরিবনি। নেতাশিংগী থম্মোয়দবু হোংলবদি শোয়দনমক পৃথিবী পুম্বদা অহোংবা অমা লাক্কনি। মীয়ামগী মরক্তা ঈশ্বরগী ভাবনা পোকহন্নবগীদমক অত্থগা জগৎশীন্না আধ্যাত্মিক ওইবা ইরাং অমা থোকহন্নবগীদমক দিব্য-বাণী পুবা মহাগ্রন্থসি ময়ামগী মফমদা পুথোক্নবা ঐখোয়না পূকচেল শেংনা হোৎনরিবসিদা খুদোংথীবা য়াম্না লৈ। বাণী অসিবু মতীক চাবা লোন্দাদা থোইদোক হেন্দোক্লা মীরৈবাক্কী লোন্দা পুথোকপদা ঐখোয় ঙমদবদি শোয়দে; মরমদি ঐখোয়না পূক্নীং শেংনা মসিবু চপ চানা পুথোক্লবা হোৎন-হোৎননা লোনগী অকায় অতোয় কয়াম্যুক্তি লৈগনি। অত্থবু মতাঙসিদা ঐখোয়গী অশোয় আমঙ লৈন-লেনমক ঐখোয়না নৈনরিবা বিষয়দো ওইদবা নত্তে হায়বত্থদি শোয়দনা ময়াম্না খঙ্গনি হায়বত্থ ঐখোয় থাজে। অত্থগা সমাজগী লুচিংবশিংনা বিষয়সে ভগবান্‌গী মহিমা শক শোন্নবগী পূকচেল শেংনা হোৎনবা বিষয়নি হায়ত্থনা তরাম্না লৌশিনগনি হায়বসিসু ঐখোয় থাজে। য়ুম অমা মৈ চাকপা মতমদা ইমুংত্থগী মীশিংনা মপান থোরক্লনা য়ুম্লোম্নবশিংত্থদগী মতেং পীয়ু হায়গনি; য়ুম-লোম্নবশিংত্থদি মীরৈবাক মচা ওইবা ম্নাই; মৈ-চাকপা ইমুংগী মীশিংগী লোন্দু খঙম্রবসু মখোয়না হায়রিবত্থ করি পামত্থনা হায়রিবনো হায়বদি য়ুম্লোম্নবশিংনা খঙবা ঙম্মী, মখোয়গী লোন্দা ঙাঙলকপা নম্রবসু। অসুম্না হোৎনমিন্নত্থনা শ্রীমদ্ভাগবতম্‌গী দিব্য-বাণীসে পৃথিবী পুম্বগী মোংলবা ইরাং-লক্তা শন্দোকপা তাই। হায়গে মথৈ হায়সনু, বিদ্যাসে আধ্যাত্মিক ওইবা থবক্কী মওং তাকপা বিদ্যানি (technical science), অত্থনা ঐখোয়না থৌশাগদবা হায়ববু থৌওং (technique) অত্থদনি, মত্থ ফোঙদোক্লবা লোন্দু নত্তে। মহাগ্রন্থসিগী থৌওংশিংদো (techniques) জগৎবাসী পুম্বনা খঙলগদি থবক্কী মহৈ য়ানবা হায়বদো ওইরে।

পৃথিবী পুম্বদা লৈরিবা মীয়াম্না লম্মুমগীদমক তৌবা থবক্তা হাকমল্লবা মতমদা খজিক্তদা শাওনত্থনা মী অমনা অমবু নংত্রগা জাতি অমনা অতোপ্পা জাতি অমবু আক্রমণ তৌবা হায়বসিদা করিসু ঙরুঙাই লৈতে। কলি যুগ অসিগী হৌনবীনি। হায়বা য়াবা অমোংপমথৈনা থক-খা থনপ্রে হায়বসি মী খুদিংনা নীঙথিনা খঙলবনি। ইন্দ্রিয় পেন্নবগী ওইবা লম্মুমগী রাখলনা থল্লবা লৌখংনঙাই ওইদবা সাহিত্যগী লাইরিক কয়া য়াম্না লৈরে। অয়াম্বা দেশদা অকামপেৎকী সাহিত্য খন্দোক্লনা চৎনহন্দনবা থৌরাংগীদমক অঙম্বা কাঙলুপ কয়া হাপ্পরি। মসিনা তাকপদি সরকারসু অত্থগা প্রজাগী নেতাশিংনসু অসিগুম্বা সাহিত্যশিংবু পামদে হায়বনি, অত্থবু সাহিত্য জাত্তাসে কৈথেলদা অত্থুম য়োল্লি, মরমদি ইন্দ্রিয় পেন্নবগীদমক মসিবু মীয়াম্না পাম্মী। মীয়াম প্রজানা লাইরিক পাবা পাম্মী, (মসি মশানা পোকপদা য়াওরক্লবা মিত্থননি)। অত্থবু মখোয়গী থম্মোইশিংত্থদি মোংলবনিনা মখোয়না অমোংপা সাহিত্যসে অত্থুম মপাম্মী। লৈরিবা কীতম মতাসিদা, শ্রীমদ্ভাগবতম্‌গুম্বা দিব্য-সাহিত্যনা মীয়ামগী মোংলবা থম্মোইগী থবকশিংগী মশীঙ হুম্বহনবদা নত্তনা মখোয়না পূক্নীং হুবা লাইরিক

পানিংলিবদো পেন্নবা চীঙ্গাক হনগনি। অছানবা হৌগৎলকপদা মখোয় সাহিত্য জাত্তাসিবু পামদবা য়াই, মরমদি মীৎ নাপু কাবী লায়নানা নাবা মীনা সিতামিস্রি চানিংদবগুম্বনি। অদুবু সিতামিস্রিদনা মীৎ নাপ্ন কাবশ্বী হিদাক্তি হায়বসে ঐখোয়না কাউরোইদবনি। মতৌ অদুম্না ঐখোয়না ভগবদ্গীতাগা শ্রীমদ্ভাগবতম্গা পাঠ তৌবত্থ ময়াম্না পান্নবা নিয়ম নাইনা প্রচার তৌবা তাই, প্রচারদুনা মীৎ নাপু কাবগী ফীভম মানবা ইন্দ্রিয় পেন্নবা পাম্বা ফাভনসে কোকহনবদা। সিতামিস্রিনা তৌবগুম তৌগনি। মীশিংনা মহাগ্রন্থশিংসিগী মহাও খঙলবা মতমদা সমাজদা হু য়েন্নম্বা লাইরিক অতৈ-শিংদো মশা মতোমতা অদুম মাঙজখিনি।

মরমসিনা ঐখোয়না থাজে মদুদি শ্রীমদ্ভাগবতম্সি পুথোকপদা অশোয়বা য়াওনা য়াওনমক লাইরিকসিবু সমাজগী মীপুম খুদিংমক্না তরাম তরাম লৌশিনগনি, মরমদি লাইরিকসিবু শ্রীনারদনা ব্যাসদেবদা হায়দুনা ইহনবনিনা। শ্রীনারদ মুনিনা থৌজান হৈবদগী থোরকপদো অধ্যায়সিদা ইরি।

শ্লোক ১২

**নৈষ্কর্ম্ম্যম্প্যচ্যুতভাববর্জ্জিতং ন শোভতে জ্ঞানমলং নিরঞ্জনম্।**
**কুতঃ পুনঃ শশ্বদভদ্রমীশ্বরে ন চার্পিতং কর্ম্ম যদপ্যকারণম্ ॥১২॥**

শব্দার্থ

নৈষ্কর্ম্ম্যম্—মহৈ পাম্বা কর্ম্ম তৌনিংদ্রবা; অপি—সু; অচ্যুত—হোংবা নাইদবা ভগবান্; ভাব—রাখল; বর্জ্জিতম্—য়াওদবা; (অচ্যুত-ভাব-বর্জ্জিতম্—ভগবান্গী রাখল য়াওদবা); ন—নত্তে; শোভতে—ফজে; (ন শোভতে—ফজদে); জ্ঞানম্—দিব্য জ্ঞান; অলম্—অস্তুম অস্তুম য়াম্না হেন্না; নিরঞ্জনম্—উপাধি য়াওদবনা পুমশেং শেংলবা; কুতঃ—কদায়দা; পুনঃ—অমুক হন্না; শশ্বৎ—মতম পুম্বগী; অভদ্রম্—অরাবগী মশক ওইবা; ঈশ্বরে—ভগবান্দা; ন—নত্তে; চ—অমসুং; অর্পিতম্—কৎলবা; (ন অর্পিতম্—কৎত্রবা); কর্ম্ম—মহৈ পাম্বা থবক; যৎ অপি—মদুসু; অকারণম্—মহৈ চানবগী নত্তবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহৈ পাম্বা থবক তৌনিংদবগী ওইবা, মচু অমতা শঙদ্রবা অদুনা পুঙকোক কোক্নবা জ্ঞান (ব্রহ্মবু খঙবা) অদুসু অচ্যুতগী (কেন্দুনা লৈখাদা তাদ্রবা হায়বদি ভগবানগী) ভাব য়াওদ্রবদি য়েংবদা করিমতা ফজদে। কর্ম্ম তৌবা হৌবদগী মহৌশানা অরাবগী মশক ওইবা অদুগা তুং কুইগনদবা কর্ম্মশিংদি ভগবান্গী মফমদা কৎত্রবদি (হায়বদি ভগবান্গী সেবাদা শীজিন্নদ্রবদি) মদুনমুক করি কান্নগনি?

নৈনরোল

মথক্তা হায়খ্রিবদুনি, ভগবান্গী মহিমাবু কীর্ত্তন তৌদবা অচম্বা লাইরিকশিংদু হুম্বরবদা নত্তুনা বৈদিক সাহিত্যসু অদুগা নির্বিশেষ ব্রহ্মজ্ঞানসু ভক্তিগী রা য়াওদ্রবদা অদুম হুম্বনিঙাই ওইরে। নির্বিশেষ ব্রহ্মজ্ঞান ফাওববু মথক্তা হায়খিবা মরমগীদমক হুম্বরবদা অচম্বা মহৈ চাবগী ওইবা অদুগা ভক্তি সেবাগী নত্তবা থবক্তী রাদি করি হায়রুগনি? অসিগুম্বা ব্রহ্মজ্ঞান অমদি সকাম কর্ম্মনা কনামতবু পরমধামদা য়োহনবা ঙমদে। মী অম্নাম্বনা তৌনরিবা সকাম কর্ম্মদি তৌবা হৌবদগীনা লোইবফাওবা মতম পুম্বদো অরাবগী ওইদুনা তোকই। থবক অদু ভগবদ্ভক্তিগী মখা পোন্নবদদা

মহৈ য়ানবা হায়বছু ওইগনি। অসিগুম্বা সকাম কর্ম্মগী ফলদি ভগবান্‌গী সেবাগীদমক্তা কৎথোক-কদবনি, মত্রবদি কর্ম্মচুদা সংসারবন্ধন ওইনবগী মরম ওই হায়না ভগবদগীতানম্ভু চেৎনা হায়রি। সকাম কর্ম্ম শেংনা চারিবদি (ভোক্তাদি) পরমেশ্বর ভগবান্‌নি, মরমমচুনা থবক অদো জীবশিংগী ইন্দ্রিয় পেল্লবগী ওইরবদি অরাবগী মরম ওইরে।

## শ্লোক ১৩

**অথো মহাভাগ ভবানমোঘদৃক্ শুচিশ্রবাঃ সত্যরতো ধৃতব্রতঃ।**
**উরুক্রমস্যাখিলবন্ধমুক্তয়ে সমাধিনানুস্মর তদ্বিচেষ্টিতম্॥ ১৩॥**

### শব্দার্থ

অথো—মরমচুনা; মহাভাগ—লাইবক ফবা; ভবান্—নহাক; অমোঘদৃক্—মীৎয়েং চুম্বা মী; শুচি মোত্তবা; শ্রবাঃ—মমিং চৎপা; সত্যরতঃ—অওইবা ভাঙবগী ব্রত লৌরবা; ধৃতব্রতঃ—নিয়ম ব্রত চেৎলবা; উরুক্রমস্য—হরিগী (ঐশ্বরিক ওইবা থবক তৌবা মহাক্কী ); অখিল—জগৎ-পুম্বগী; বন্ধ—অফা-অপুন; মুক্তয়ে—নাম্থোক্লবগীদমক; সমাধিনা—পুক্নীং লোঙদৎমথৈ লুপ্পুনা; অনুস্মর—হন্না হন্না খল্লগা; (খল্লরিবা পোৎপু) বর্ণনা তৌবা; তৎবিচেষ্টিতম্—মাগী হায়বদি ভগবান্‌গী লীলা ময়ামদো।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে লাইবক ফবা ব্যাসদেব, নঙদি মীৎয়েং চুম্বনি। নঙগী অফবা মিংচৎতা অমকপা য়াওদে। নঙদি অচুম্বদা ভাঙবনি অদুগা ব্রতনিয়ম চেৎপা মীনি। মরমসিনা মায়ালাংদগী জগৎপু লাম্থোক-হনবদা ভগবান্‌গী লীলাবু হন্না হন্না খল্লগা বর্ণনা তৌবা নহাক ঙম্মী।

### নৈনরোল

মীয়াম প্রজাশিংনা লাইরিক পানিংবগী মিচুন চেল্লী। মখোয়না খণ্ডদ্রিবা পোৎকী মরমদা অখণ্ড অহৈশিংগী মফমদগী মনাকোঙনা তাবা পাম্মী নৎত্রগা অখণ্ড-অহৈশিংনা ইবা লাইরিক পানিংঙী। অদুবু প্রাকৃত ইন্দ্রিয় পেল্লনবগী বিষয় ভাক্তনা থল্লবা লাইরিকশিংদু মখোয়না লাইবক থীবনা পাচুনা লেল্লে। মখোয়না পারিবা লাইরিকশিংদু মায়াগী প্রভাব চঙলবা শৈরেং মখল মখল, ব্রহ্মজ্ঞানগী ওইবা বা, অদুনা ইন্দ্রিয় পেল্লবদা খন্দুনা ইবা বিষয় ভাক্তনি। হায়রিবা লাইরিকশিংসি থাঙ্গৈশেংনা হায়রুরবদি মগুণ য়াওদবা ভাক্তি, অদুবু বুদ্ধি বাৎপা মীতাশিংগী মপুক্নীং চিংশল্লবা লৈতেং মখল মথেলনা ফজহল্লবা ভাক্তি। মতৌ অসুম তৌত্নুনা পুক্নীং চুপ্রবা জীবাত্মাশিংদো মায়া লাংদা করল্লা থুবগে হায়ববু মীরোল লীশিং লীশিং চুপ্পা অরান খুভম ফংবা য়াদবমথৈ প্পুই। অসিগুম্বা মগুণ য়াওদবা লাইরিক্লা খুচুম চনপ্রবা মীতাশিংবু বৈষ্ণব মকোক ওইবা শ্রীনারদ ঋষিনা মুংশিবিখি, অদুনা মহাক্লা শ্রীব্যাসদেবদা মাগী পুক্নীং চুনভাই ওইবদা নত্তনা সংসার মায়াদগী তশেংবা মুক্তি পীবা ঙম্বা দিব্য ওইবা লাইরিক লেংনবা পাওতাক পীরম্মী। শ্রীলব্যাসদেব অমদি মহাক্কী প্রতিনিধি-শিংদি অসিগুম্বা লাইরিক ইবদা মতীক চপ চাবনি মরমদি মীৎয়েং চুম্না পোৎ য়েংবা হৈনবা ওজা নাইরবা ভাক্তি। শ্রীলব্যাসদেব অমসুং মহাক্কী প্রতিনিধিশিংদি পারমার্থিক জ্ঞান লৈবা মরম্না রাখল চুম্না খল্লী অদুগা ভক্তিযোগগী তৌকম থোকপা ব্রতশিংদু চেৎনা চৎলি। অদুগা মায়া লাংগী কর্ম্মদা পৎ পুমচুনা লৈবদগী পতিত জনশিংবু লোথৎক্কে হায়না পুক্নীং চপ য়ুংনা লেপ্পবা

ঙাক্লি। পন্ডিত জনশিংনা মুমিৎ খুদিংগী অনৌ অনৌবা পাও তানিঙ্ঙী অদুগা ব্যাসদেবগুম্বা নারদগুম্বা তত্ত্ব খঙবশিংনা আধ্যাত্মিক জগৎকী পাও ঙমখৈ নাইদবমখৈ থৌরাংনা ঙাইন্নিবা মীয়ামদা পীবা ঙম্মী। প্রাকৃত ব্রহ্মাণ্ডসি সৃষ্টি অপুন্বগী শরুক অমতনি অদুগা পৃথিবীসিনা প্রাকৃত ব্রহ্মাণ্ডগী মচেৎ অমখক্তনি হায়না ভগবদগীতানা হায়রি।

পৃথিবী পুম্বসিদা সাহিত্যকার লীশিং লীশিং লৈ, অদুগা মখোয়না চহি লীশিং কয়া চুপ্না মীয়ামদা ঈ-পাও ফংহন্নবা হায়দুনা লাইরিক লীশিং লীশিং লেংলে। লাইবক থীবদি লাইরিক-শিংদুনা পৃথিবীদা শান্তি পীবা ঙমদে। মসিগী মরমদি লাইরিকশিংদুদা পরমার্থগী বা য়াওদে। মরমসিনা মীওইবগী শক্তিবু চাথৎলিবা প্রাকৃত সভ্যতাদগী থোরকপা অরা চৈনা কোক্লীংবদু য়াননবা অরাবা নংলিবা মীওইবা জাতিগী মফমদা বৈদিক সাহিত্যশিং থোইদোক হেন্দোক্লা ভগবদগীতা অমদি শ্রীমদ্ভাগবতম্ পাও নৎত্রগা তাও হায়নরিবনি। ভগবদগীতাসি ভগবান্ মশামক্লা ঙাঙথিবা অদুগা শ্রীব্যাসদেবনা চেনজখিবা বচন ঙাক্লি, অদুগা শ্রীমদ্ভাগবতম্‌সি ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণমকী দিব্য-লীলাশিংগী বারী ঙাক্তনি। লাইরিক অনীসিনা জীবনা থৌরাংলিবা নিত্য শান্তি অদুগা সংসারগী দুঃখদগী মুক্তি পান্নিবদু কোকহন্নবগী লাইরিকনি। মরমসিনা শ্রীমদ্ভাগবতম্‌সে বিশ্বব্রহ্মাণ্ডদা লৈরিবা জীবশিংনা মায়ালাংদগী মুক্তি মপুঙ ফানা ফংনবগীদমক লেংখিবা লাইরিকনি। অসিগুম্বা ভগবান্‌গী দিব্য-লীলাশিংগী বারী লীবদি মুক্তাত্মা ওইরবা ব্যাসদেব অমদি মাগী ৫তিনিধিশিংতনা লীবা ঙম্মী, মরমদি মখোয়সে ভগবান্‌গী প্রেম সেবাদা লুপ্লবা মী ঙাক্তনি। মখোয়গী ভক্তি মপান্না অসিগুম্বা ভক্তশিংগী মফমদা ভগবান্‌গী লীলাশিং অদুগা লীলাশিং অদুগী দিব্য ভাব অদু ফোঙ লাউনা শকউৎলৈ। অতৈ কনামনা চহি য়াম্না য়াম্না থন্দুনসু ভগবান্‌গী কর্ম্মশিংবু খঙবা ঙমদে অদুগা বর্ণনা তৌবসু ঙম্মোই। ভাগবতম্‌দা য়াওরিবা ৱাশিংসে কয়ামুক চপ চাবনো হায়ববু চহী লীশিং কয়াগী মমাঙদা মহাগ্রন্থসিদা ভবিষদ্বানি (তুংদা থোক্লগদবা) ইরম্বদো হৌজিক হৌজিক চপ চানা থোক্লরি। মরমসিনা গ্রন্থকারসে ভূৎ (হৌখিবা), ভবিষৎ (ওইরক্কদবা), বর্ত্তমান (থোক্লিবা), মতম অহুম্বু উরম্বনি। ব্যাসদেবগুম্বা মুক্ত পুরুষশিংদি মপুঙ ফানা উবা অদুগা শিংবদা নত্তনা পুক্নীংনা নাকোঙনচিংবা জ্ঞানগী ইন্দ্রিয়শিংনা তৌবা থবক পুম্বদসু মপুঙ ফাবা ওইরম্মী। মুক্ত ওইবা মীগী ইন্দ্রিয়শিংদি অশোয় অঙাম য়াওদে। শোয়নাইত্রবা ইন্দ্রিয়গী মপান্না মী অমনা ইন্দ্রিয়শিংগী মপু হৃষীকেশ পরমেশ্বর ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণবু সেবা তৌবা ঙম্মী। মরমদুনা মায়কৈ পুম্বদা মপুঙ ফারবা ভগবান্‌গী মপুঙ ফারবা বর্ণনাবু মপুঙ ফারবা মীতা ওইরিবা বেদ-কর্ত্তা শ্রীব্যাসদেবনা তৌরগা হাপ্লিবা লাইরিক্লি শ্রীমদ্ভাগবতম্ অসি।

শ্লোক ১৪

**ততোহন্যথা কিঞ্চন যদ্বিবক্ষতঃ পৃথগ্‌দৃশস্তৎকৃতরূপনামভিঃ।**
**ন কর্হিচিৎক্বাপি চ দুঃস্থিতা মতির্লভেত বাতাহতনৌরিবাস্পদম্ ॥ ১৪ ॥**

শব্দার্থ

ততঃ—মদুদগী; অন্যথা—তোপতোপ্পা; কিঞ্চন—কৈনোমা; যৎ—মদু; বিবক্ষতঃ—হায়নিংলবা; পৃথক—তোঙান্না: দৃশঃ—উবা মহাক; তৎ-কৃত—মদুনা ওইরকপা; রূপ—শক; নামভিঃ—মিংশিংনা; ন কর্হিচিৎ—কদৌঙৈদসু ওইদে; ক্বাপি—কন্নিমতদা; চ—অমসুং; দুঃস্থিতা মতিঃ—চোইরবা পুক্নীং; লভতে—ফংঙী; বাত-আহত—নুংশিংনা হুম্বা; নৌঃ—হি; ইব—গুম্না; আস্পদম্—খোঙদাকম।

## মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ভগবান্‌গী মহিমা বর্ণন তৌবদা মীৎয়েং থম্বা তোক্লনা অতোপ্পা মওংদা ভগবান্‌গী নত্তবা অতোপ্পা বিষয় বর্ণন তৌনীংলবদি মতমহুদা বর্ণন তৌনবনি হায়দুনা চোংথোক্লকপা মিং অমদি শক্ল চোইহন্দুনা মীহুগী বুদ্ধিদো নোংলৈ মুংশিৎলক্লা হিনা হিথাংফম লৈতবমখৈ কোয়রৈ লৈবগুম চোইজাইনহনগনি।

## নৈনরোল

শ্রীব্যাসদেবদি বৈদিক সাহিত্যগী মথল পুম্নমক্কী সম্পাদক্নি। অস্থুম্না ওইবা মরম্না মহাক্না আত্মা উপলব্ধি হায়বসে মথল তোঙান তোঙান্না ইরম্মী। মহুদি— কর্ম্ম, জ্ঞান, হঠযোগ অহুগা ভক্তিযোগ। মসিদসু নত্তনা মহাক্কী পুরাণ মথল ময়ামদ্রদা শক্তম অমস্তুং মমিং তোঙান তোঙানবা দেবতা (লাই) ময়াম লাৎপগী রা হায়রি। মহুগী যল ওইনা থোক্লিবদি সাধারণ মী ময়াম্না পরমেশ্বর ভগবান্‌গী সেবাদা করম্না পূক্লীং লোঙদনা থমগদগে হায়বদা বিভুলা চুরে। আত্মা উপলব্ধিগী লম্বী থিবদা মখোয়গী বুদ্ধি ইচোই চোইরে। হায়রিবা দোষ অসি ব্যাসদেবনা লেংবা বৈদিক সাহিত্যশিংদা লৈ হায়না শ্রীলনারদনা কন্না হায়রম্মী। মরমহুনা পরমেশ্বর ভগবান্‌গী মরমদা বর্ণন তৌগদবনি অতৈ অতোপ্পা অমগী মরমদা ইগদবা নত্তে হায়না কনশিন্না পনগদবগী লাক্লরি। অওইবদি ভগবান্ নত্তনা করিমতা লৈতে। ভগবান্‌সে মওং মথলদা প্রকাশ ওইবনি। উপাম্বী মপুমহুগী মরুদি মহাক্নি। উগী মরুদা ঈশীং হৈবনা উদা ঈশীং চাইবগী অচুম্বা মতৌনি, মহুদি চাকথাওদা চীঙ্গাক হাপ্লগা হকচাঙগী কায়াৎ পুম্বগী মপাঙ্গল হাপকৎপগুম্বনি। মরমসিনা শ্রীলব্যাসদেবনা ভাগবত পুরাণ নত্তবা অতৈ পুরাণশিংহু লেংলমদবসু য়ারম্বনি মরমদি হায়রিবসিদগী শম্নামুক্তং লম্বী কৈদোক-খিবদা আত্মা উপলব্ধিগী মতাঙদা অমাঙ-চাওবা অমা থোকপা য়ারিবনি। লম্বী খজিক্তং ফৈবত্তনা অমাঙ-চাওবা অমা ওইরবদি পরম সত্য ভগবান্‌দগী তোঙানবা রাখল ময়াম চাওথোকহনগে হায়বা অমগা য়াওনা তৌরবদি কয়াদা কায়থ্রবা রানো? লাইয়াম লাৎপগী থ্বাইদগী চাওবা দোষ হায়বরু মহুন। বিশ্বেশ্বরবাদ (বিশ্ব-তাইবংসি ঈশ্বরনি হায়বা—pantheism) চোংথোরকই, মহুগী ফল না মমৈদা ভাগবত ধর্ম্মগী নীতি পুখৎপদা কায়নভাই ওইনা ধর্ম্ম সম্প্রদায় (ফুরুপ) মশীং নাইদনা থোরক্লনি; ভাগবত ধর্ম্মদি মথন্তনা ভগবান্‌গা ভক্তগা লোয়নবা মতম পুম্বগী ওইবা সম্বন্ধ অমা প্রেম ভক্তিগী উপায়না থম্নগা ওইরকপা আত্মা উপলব্ধিগী লম্বেল অচুম্বদো তাকপা ঙম্মী। নোংলৈ-মুংশিৎনা হুন্নিবা হিগী থুদমদো মতাঙসিদা চপ চাবনি। বিশ্বেশ্বরবাদীগী লম-শফায়বা মপুক্লীংহুনা করি তৌরগা যংগদগে হায়বহু থনবা ঙমদবনা আত্মা-উপলব্ধিগী চপ চাবা ফীভমহুদা য়ৌশনবা ঙমদে।

## শ্লোক ১৫

**জুগুপ্সিতং ধর্মকৃতেঽনুশাসতঃ স্বভাবরক্তস্য মহান্ ব্যতিক্রমঃ।**
**যদ্বাক্যতো ধর্ম ইতীতরঃ স্থিতো ন মন্যতে তস্য নিবারণং জনঃ ॥ ১৫ ॥**

## শব্দার্থ

জুগুপ্সিতম্—তশেংনা তুক্কচনরবা; ধর্ম্ম-কৃতে—ধর্ম্মগীদমক; অনুশাসতঃ—পাওতাক; স্বভাব-রক্তস্য—মশানা সংসার বিষয় পামজরবা মীতাগী; মহান্—অচৌবা; ব্যতিক্রমঃ—ওন্ন-তৌনবনি, মরম

চাদবনি; যৎ-বাক্যতঃ—মাগী ৱা মতুং ইন্না; ধর্ম্ম—ধর্ম্ম; ইতি—অসুম্না ওই; ইতরঃ—মীচম ময়াম; স্থিতঃ—লেঙদবা; ন—নত্তে; মন্যতে—খল্লী; (ন মন্যতে—য়াদে); তস্য—মহাক্কী; নিবারণম্—থিংবা; জনঃ—মী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মীচম ময়ামদি মহৌশানা থাদনঙাই ওইবা কাম্য কর্ম্মদা মুংঙাইজবনি, অদুগা নঙনমূক ধর্ম্মগী নামাদা মখোয়বু মদোমদা থৌজল্লে। মদু য়াম্না তুক্কচনঙাইনি অমসুং মরম চাদবনি। মখোয়দি নঙগী পাওতাক্না থবক চংথরিবনিনা মরম চাদবা থবকশিংদো ধর্ম্মগী নামাদা তৌরগনি, অদুনা মখোয়বু থিংবদা মখোয়না য়ানিংলোই।

নৈনরোল

মহাভারতনচিংবা লাইরিকশিংদা ইরিবা সকাম কর্ম্ম পাঙথোকপগী পীবা পাওতাক্না যুক্ষম ওইরগা ব্যাসদেবনা বৈদিক সাহিত্য লেংলম্বদুবু শ্রীল নারদনা নিন্দা তৌরি। মীওইবশিংনা পুন্সি কয়ারক হন্না প্রকৃতিগা শম্নরকপা মরম্না প্রাকৃত শক্তিবু খুদুম চন্নবা হোৎননীংঙি। মীওইবা মপোক্কী দায়িত্ব করিনো হায়বদো মখোয় খঙদে। মীওইপোক্কী হকচাঙসে মায়া-লাংদগী লীৎথোক্নবা তাঞ্জা অমনি। বেদশিংসে ভগবান্গী নাক্তা হায়বদি য়ুমদা হনবগী পাওতাক পীনবা লাইরিক্নি। মপোক ৮,৪০০,০০০ থক্তা পুন্সি মথঙ মথঙ হনজন হনজন পোকপদি মায়া-লাংদা থুরবা জীবগী কৈশুন-পুন্সিনি। মীওইপোক্কী হকচাঙসে কৈশুম-পুন্সিদগী লীৎথোক্নবা তাঞ্জা অমনি। মরমসিনা মীওইবগী অমতা ঙায়বা মথৌদি ভগবান্গা মাগা নৈনবা সম্বন্ধ মাঙলুরবদো অমুক হিংগৎহন্নবা তৌবদুনি। মরম ময়ামসিনা কনামতবু ধর্ম্মগী নামাদা ইন্দ্রিয় পেন্নবা থৌরাং তৌ হায়না থৌজনবা চুমদে। অসুম্না মীওইবগী শক্তিবু মায়কৈ শেরান্ননা ফাইহল্লবদি শেরান্নবা সভ্যতা অমা থোরক্কনি। শ্রীলব্যাসদেবনা মহাভারতনচিংবদা য়াওরিবা বেদগী ব্যাখ্যাশিংসি হাপ্লনি; অদুনা মহাক্না ইন্দ্রিয় পেন্নবা থবক্তা মওং অমদা খঙদে অমদা খঙদে থৌজিল্লিবসে পরমার্থগী অকারমদা অকায়বা অমনি, মরমদি মীচম ময়াম্না মখোয়বু মায়া লাংদা ফারিবা কর্ম্মশিংবু থাদোকউ হায়বদা য়ারোই। ধর্ম্মগী নামাদা প্রাকৃত ওইবা কর্ম্মনা (হায়বদি যজ্ঞগী নামাদা শা হাৎপা) চপ য়ুংলবা মীওইবা সভ্যতাগী মতাঙ অমদা ভগবান্না বুদ্ধ ওইনা অবতার তৌখি অদুগ ধর্ম্মগী নামাদা শা হাৎপবু থিংনবা বেদগী ৱাবু নিন্দা তৌখি। মসি থোক্কনি হায়বসে শ্রীনারদনা হান্না উরম্মী, মরমদুনা মহাক্না অসিগুম্বা লাইরিক-শিংবু নিন্দা তৌরম্বনি। শা-চাবা মীশিংনা হৌজিক ফাওবা ধর্ম্মগী নামাদা দেব নত্রগা দেবী অমগী মমাঙদা শা হাৎতুনা বলি তৌবসি চৎথরি, মরমদি বৈদিক সাহিত্য থরদা অসিগুম্বা যজ্ঞগী বিধি য়াওরি। বেদদা হায়রিবা বিধিশিংদুদি শা-চাবা থিংনবগীনি, অদুবু ধর্ম্মগী থবকশিংদুগী মরমদি অসুম অসুম কাউশিল্লক্লে, অদুগা লোয়ননা শাহাৎশঙ য়ামথৎলক্লে। মসিগী মরমদি অপঙবা সংসারীশিংনা বেদগী কর্ম্মবু চুম্না তাকপা ঙম্বা মী অতৈগী ৱা তানীংদে।

বেদদা তরং তরংনা হায়রি মদুদি পুন্সি মহৈ য়ামনবদি থক্ক য়াম্না তৌরনসু চংনদে, লন পৈশনবনসু কান্নদে নত্রগা মীশিং হেনগৎহনবনসু কান্নদে। থাদোকপদনা পুন্সি মহৈ য়াম্দুনা মপুঙ ফাগদবনি। সংসারীশিংনা অসিগুম্বা বেদগী য়াথংদি মনাকোঙদা হাপ্পিঙদে। মখোয়গী মত মতুং ইন্না, পুন্সিগী থাদোকপা (সন্ন্যাস) হায়বা আশ্রমদুদি হকচাঙগী পাংশোই নাইবা মরম্না মচীঙাক থীবা ঙমত্রবা মীশিংগী নত্রগা য়ুম পানবদা চাওখৎপা ঙমত্রবা মীতাশিংগীদমক্নি।

মহাভারতকুম্বা ইতিহাসগী লাইরিকশিংদা তৌবগীবুদি পারমার্থিক ওইবা বিষয়গী রাস্থ প্রাকৃত ওইবা বিষয়গী রাগা লোয়ননা য়াওরি। ভগবদগীতাসে মহাভারতকী মনুংদা য়াওরি। মহাভারতকী ভাব পূম্বগী লোইশন্নকপদদি ভগবদগীতাগী পাওতাক্কী মতুং ইন্না লোইশল্লী, মদুদি—ঐখোয়না থবক অতৈ পূন্নমক থাদোকুনা ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী খুয়া থম্বান্দদা মপুঙ ফানা কখোকচগদবনি। সংসারীগী পূকচেল চেনবা মীতাশিংনা মহাভারত-তা য়াওরিবা রাজনীতিগী, অর্থনীতিগী অমদি মীয়ামগী কনবা থবক্কা চঙশল্লী, মহাভারতকী মরুওইবা বিষয় ওইবা ভগবদগীতাগী মায়কৈদা মায়ওন্দে। প্রাকৃত বিষয়গা পারমার্থিক বিষয়গা অনী য়াননবা চংলিবা ব্যাসদেবগী পূকচেল মতাসে নারদ মুনিনা চাননা য়ারমদে: মীওইবা পুন্সিগী মরুওইবা তৌদবা য়াদবা থবক্তি ভগবানগা জীবগা লৈনরিবা নিত্য সম্বন্ধতু খঙবা অদুগা ভগবান্দা মশাবু থীন্দবমখৈ কংথোকপা হায়বসি তৌগদবনি হায়না ইশেং শেংনা লাউথোকদবনি হায়না নারদনা ব্যাসদেবদা পাওমেল্লি।

করিগুম্বা লাইওং অমদগী নারিবা মী অমনা চাবা য়াদবা পোং অদু চানীঙউ। অদুবু অনাবা মীগা য়াননবা হায়দুনা চাবা য়াদবা পোংতু য়াম্না নংত্রবস্থ খরদি মচাও হায়না মাইবনা থক হায়দে। ভগবদগীতাদা হায়রিবস্থ অসিনি মদুদি সকাম কর্ম্মদা লুপ্লিবা মীবু মাগী কর্ম্মদু তৌরুগদ্ম হায়না য়ৈথবা চুমদে, মরমদি মহাক অস্থম অস্থম ওইখৎলকপনা আত্মা উপলব্ধি-তৌবগী থাক্তা য়ৌরক্কনি। গীতাগী পাওতাকসে আত্মা-উপলব্ধি লৈতবা মায়াবাদী দার্শনিকশিংগীদমক্লি। ভক্তি-মার্গদা চঙলিবা মীশিংদদি হায়রিবা পাওতাকসে মতম পূম্বদা পীযদে।

শ্লোক ১৬

**বিচক্ষণোঽস্যার্হতি বেদিতুং বিভোরনন্তপারস্য নিবৃত্তিতঃ সুখম্।**
**প্রবর্ত্তমানস্য গুণৈরনাত্মনস্ততো ভবান্ দর্শয় চেষ্টিতম্ বিভোঃ॥ ১৬॥**

শব্দার্থ

বিচক্ষণ—অহৈ-তশিং; অস্য—মহাকী; অর্হতি—মতীক ওই; বেদিতুম্—খঙবা; বিভোঃ—বিভুগী (ভগবানগী); অনন্তপারস্য—ওমখৈ নাইত্রবগী; নিবৃত্তিতঃ—থবক পূন্নমক লেপতুনা; সুখম্—লম্ব্‌মগী মুংঙাইবা; প্রবর্ত্তমানস্য—ইন্দলবা; গুণৈঃ—সত্ব-নচিংবা গুণশিংনা; অনাত্মনাঃ—হকচাঙনা ঐনি হায়বা মী; ততঃ—মরমদুনা; ভবান্—নহাক্না; দর্শয়—উৎলু; চেষ্টিতম্—থবকশিং; বিভোঃ—ভগবানগী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

পরমেশ্বর ভগবানদি ওমখৈ নাইদবনি। সংসার লম্ব্‌মগী মুংঙাইবা ফংনবা থবক পূন্নমক্কগী পোথারবা য়াম্না হৈ-শিংবা মীতনা ভগবানগী মরম খঙবদা মতীক ওই। মরমদুনা লম্ব্‌মদা লুপ্‌না আত্মাগী রা খঙত্রবা মীশিংদা ভগবানগী থবক ময়ামদু বর্ণনা তৌদুনা পারমার্থিক অনুভূতিগী লম্বীদো উৎলু।

নৈনরোল

ঈশ্বর তত্বসি (লাইগী বারোল) অরুবা বিষয় অমনি, থোইদোক হেন্দোক্লা লুরিবদি বিষয়সিনা ঈশ্বরগী দিব্য স্বভাব (মওং) অদু নৈনবা মতমদনি। মসি সংসারীগী কর্ম্মদা লুপ্পবা মীতানা ভাব তাগদবা বিষয় মত্তে। আত্মাগী জ্ঞান নৈনদুনা প্রাকৃত কর্ম্ম থাদোকপগুম তৌরবা হৈশিংবা

মীতনা বিষয়সি খঙনবা নৈনগদবনি। ভগবদ্গীতাদা ইফোং ফোংনা হায়রি মতুদি—পারমার্থিক উপলব্ধিগী লম্বীদা খঙগদবা মতীক চাবা মীদি লীশিং লীশিংগী মমুঙদা অমথক্তনি। অমথক্তা ওইরিবা অতুগুম্বা আত্মা-উপলব্ধি তৌরবা মীতা লীশিং লীশিংগী মমুঙদা মী থজিক্তনা ঈশ্বরতত্ত্ববু খঙবা, থোইদোক হেন্দোক্লা ঈশ্বরবু পুরুষ অমা ওইনা নৈনবা তত্ত্ববু খঙবা ঙম্মী। মরমতুনা ভগবান্গী দিব্যলীলাশিংহু তশেং তশেংনা লীহুনা ঈশ্বরতত্ত্ব তাক্লবা তৌ হায়না শ্রীনারদনা শ্রীলব্যাসদেবদা পাওমেল্লম্মী। হায়রিবা বিষ্যাসিদা ব্যাসদেবসি বিচক্ষণ (হৈশিংবা) অমনি অতুগা সংসারগী লম্ব্মগী মুংঙাইবা হায়বদো পামজ্রবা অমনি। মরমসিনা ভগবান্গী লীলা বর্ণনা তৌবদা চপ চানা মতীক চাবা মী হায়বদো মহাক্নি; অতুগা ব্যাসদেবগী মপারি শুকদেবমু লীলাশিংহু লৌশনবদা চপ চানা মতীক চারবা মীনি। শ্রীমদ্ভাগবতম্সে খ্বাইদগী বাংবা ঈশ্বর তত্ত্বগী লাইরিক্নি, মরমতুনা তত্ত্ব খঙদবা মীচমদদি অনা লায়েংবদা পীজবা হীদাক ওইনা থোক্কনি। লাইরিকসিদা ভগবান্গী দিব্য-লীলাশিংদো য়াওবা মরম্না লাইরিকসিগা ভগবান্গা খেন্নবা করিমতা লৈতে। লাইরিক অসি ভগবান্না লাইবিক ওইনা অবতার তৌবনি। মরমতুনা তত্ত্ব খঙদবা মীচমশিংনা ভগবান্গী লীলাশিংদো শ্রবণ তৌবা ঙমগনি। শ্রবণ তৌরগা মখোয়না ভগবান্গা সঙ্গ তৌবা ঙম্মে, অতুম্না অসুম তৌবনা কোম্মংদা ভবরোগদগী (লম্ব্মচিংবা পাম্বদগী) নাম্মোক্তুনা পবিত্র ওইবা ঙমগনি। হৈশিংলবা ভক্ত-শিংনমু ভক্ত নত্তবা মীশিংবু মফম মতমগী তাঞ্জা য়েংতুনা ভক্ত ওইহন্নবা অনৌ অনৌবা উপায় পুথোকপা ঙমগনি। প্রেম ভক্তি হায়বসিদি লেপ্পা নাইদবা থবক্নি, অতুনা হৈশিংবা ভক্তশিংনা সংসারীশিংগী অপঙ-লাই-চুরবা থোপনুঙদা লীলা কথাহু পিচকাবীনা কাপশন্দুনা হানজনবগুম হানজন্নবা চপ চাবা উপায় পুথোকপা ঙমগনি। ভগবান্গী সেবাগীদমক ভক্তশিংনা তৌবা অসিগুম্বা পারমার্থিক কর্ম্মশিংনা সংসারীশিংগী অপঙবা সমাজগী মফমদা পুন্সি অনৌবা অমা পুরকপা ঙমগনি। মরমসিগীদমক শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুগা মাগী তুংইনবশিংগনা য়াম্না হৈ-শিংবা উৎথি। মখোয়না শীজন্নরম্বা মতৌ অতু তমতুনা কলিযুগসিগী সংসারীশিংবু শান্তি-পূর্ণ ওইবা জীবন লেন্নবা অতুগা আত্মা-উপলব্ধি ফংননবা ফীভমদা পুরকপা য়াগনি।

### শ্লোক ১৭

**ত্যক্ত্বা স্বধর্ম্মং চরণাম্বুজং হরে র্ভজন্নপক্বোঽথ পতেত্ততো যদি।**
**যত্র ক্ব বাভদ্রমভূদমুষ্য কিং কো বার্থ আপ্তোঽভজতাং স্বধর্ম্মতঃ ॥১৭॥**

### শব্দার্থ

ত্যক্ত্বা—থাদোক্তুনা, স্বধর্ম্মম্—মশিন্; চরণাম্বুজম্ খোঙ-থম্বানবু; হরেঃ—হরিগী; ভজন—নীঙতুনা, অপক্বঃ—মুম্রিবা; অথ—অতুগী তুংদা; পতেৎ—লৈখাদা তাই; ততঃ—মযমচুদগী; যদি—বদি; যত্র—করিগুম্বা মতমদা; ক্ব—করম্বা; বা—নত্রগা (করেম্না শীজন্নবা); অভদ্রম্—খুদোংথীবা; অভূৎ—থোক্কনি; অমুষ্য—মহাক্কী; কিম্—করিবু; কঃ বা অর্থ—করিমুক কান্নবা; আপ্তঃ যংগনি; অভজতাম্—কৃষ্ণ ভক্ত-নত্তবশিংগী; স্বধর্ম্মতঃ—মশাগী মথৌ তৌবনা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নিত্য-নৈমিত্তক কর্ম্ম নত্রগা বর্ণাশ্রম ধর্ম্ম থাদোক্তুনা হরিগী খুয়া থম্বাল নীঙনা নীঙনা করিগুম্বা ভজন তৌবদা মুনগদবা বাংলিঙৈদা লৈখা তারবা নৎত্রগা শিরবা, অতু ওইরবা ফাওবদা মী মহাক্কী করিমু ফত্তবা ওইনীংঙাই লৈতে। অতুগা অমরোমদনা হরিগী খোঙ-থম্বালবু ভজন তৌদবা মীশিংদি ভক্তি য়াওদবা বর্ণাশ্রম ধর্ম্ম পালন মপুঙ ফানা তৌরবফাওবদা করি তোংঙবা ফংগনি?

## নৈনরোল

মীওইবগী মথৌগী রা হায়রগদি মথৌগী মশিং থীওমদে। ইপা-ইমাগী মফমদা, ইমুংগী মীশিংদা, সমাজদা, ইরৈবাক্তা, মীওইবা জাতিদা, অতৈ অতৈ জীবশিংদা, দেব দেবীশিংগী মযমদা তৌগদবা মথৌনা মী খুদিংমকপু থৌরিনা পুনবগুম পুল্লিবনি; অসিদস্তু নত্তনা মহান দার্শনিকশিংগী মফমদা, কবিশিংগী মফমদা অদুগা বৈজ্ঞানিকশিংগী মফমদা তৌগদবা থৌ কয়াস্তনি। অদুবু থৌ পুম্নমকসি লোইনা থাদোক্লগা পরমেশ্বর ভগবান্‌গী সেবাদা ইশাবু কংথোক্লদবনি হায়না শাস্ত্রশিংনা য়াথং তাওথরি। মরমদুনা কনাগুম্বনা শাস্ত্রনা হায়রিবসি তৌরবদি য়াম্না ফৈ। অদুবু কনাগুম্বনা মতম অমগী ইন্তন মতুং ইন্না ভগবান্‌গী সেবাদা মশাবু কংথোকলুরগা কায়নথংদা মরম অমদগীবু ওইরবস্ত নত্তবা সঙ্গ থেংনরুবদগী মহাক ভজনগী লম্বীদগী হন্দোরকপস্তু করি করিগুম্বা মতমদা মথোকই। মসিগুম্বগী খুদমদি ইতিহাসশিংদা য়াম্না য়াওরি। ভরত মহারাজনা শজি মচা অমদা হকচন্না লুনা তৌরুবদগী শজি ওইনা পোকখি। মহাক্না শিবমদাইদা শজিগী দমক য়াম্না থনখি। মতৌ অম্তম তৌবনা মহাক মমাওগী মপোক্তা থোকখিবা থৌদোক্লু কাউদ্রবস্তু তুং তাবা মপোক্তা শজি অমা ওইরম্মী। মতৌ অম্তম্না, চিত্রকেতুস্তু শিবগী মখোওদা লওজকবদগী লৈখা তাখি। অদুবু অসি পুম্নমক উনা উনা নৈনবিবা শ্লোকসিদা কন্না হায়রি মদুদি ভগবান্‌গী খোঙ থম্বালদা ইশা ইশাবু কংথোক্লদবনি, করিগুম্বা লৈখা তানিঙাই তাঙ্গা লাক্লবস্তু কংথোকদবনি। মরমদি ভক্তিগী তৌফম থোকপা থবক্তগী হন্দোক্লুনা লৈখা তারবা ফাওবদা মহাক কদৌঙৈদস্তু ভগবান্‌গী খয়া-থম্বালদো কাউবোই। ভগবান্‌গী সেবাদা অমুক্তং চঙলুবা মীদুদি ফীভম অমস্তুং মতম পুম্বদা অদুম সেবাদো চংথগনি। ভক্তি সেবা মচেং অমতংনযাও ভক্তদুবু য়াম্না খুদোং থীবদগী ফাওবা কনগনি। ইতিহাসশিংদা মদুগী খুদম য়াম্না লৈ। মখোয়গী মরক্তা অজামিল খুদম অমনি। অজামিল অহানবদা পুন্সি হৌববপদা ভক্ত অমনি, অদুবু যৌবনগী মতমদা মহাক লৈখা তাখি। অদুম ওইনমক মহাকপু ভগবান্‌না মমৈদদি কনবিখি।

### শ্লোক ১৮

**তস্যৈব হেতোঃ প্রযতেত কোবিদো ন লভ্যতে যদ্‌ভ্রমতামুপর্যধঃ।**
**তল্লভ্যতে দুঃখবদন্যতঃ সুখং কালেন সর্ব্বত্র গভীররংহসা ॥ ১৮॥**

### শব্দার্থ

তস্য—মবমদুগী; এব—দমক্তা; হেতোঃ—মবমদগী; প্রযতেত—হোৎনফম থোকই; কোবিদঃ—অফ-ফত্ত-খঙবা মীনা (বিবেকীনা); ন—নত্তে; লভ্যতে—ফংঙী; (ন লভ্যতে—ফংদে); যৎ—মদু; ভ্রমতাম্‌-কোয়চৎ-চৎলিবা মাগী; উপরি অধঃ—কোক্তগী তোন-ফাওবা; তৎ—মদু; লভ্যতে—ফংঙী, দুঃখবৎ—অরাবগুম্না; অন্যতঃ-অতোপ্পদগী; সুখম্‌—নুংঙাইবা; কালেন—মতমগী খোঙলৈ মতুং ইন্না; সর্ব্বত্র—মফম পুম্নমক্তা; গভীররংহসা—কুপ্পা চেল্লিবা খোঙচৎনা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অফ-যত্ত খঙনবা বুদ্ধি-বিবেক লৈবা মীশিংনা খ্বায়দগী রাংবা গ্রহদগী (ব্রহ্মলোক-তগী) খ্বাইগী মখাদা লৈবা লোকফাওবা (পাতাল-লোক ফাওবা) কোয়চৎ চৎলুরবা ফাওবদা ফংঙমদ্রবা সুখ অদুগীদমক হোৎনগদবনি। ইন্দ্রিয়গী ভোগ তৌরগা ফংবা নুংঙাইবদো ফংঙ্‌ হায়বা মতম লাক্লগদি ঐথোয়না পামলুদবা অরাববু মাগী মতম য়ৌরগা ফংবগুম্না অদুম ফংগনি।

নৈনরোল

মফম খুদিংগী মী খুদিংনা মওং মথল মথা হোৎনরগা ইন্দ্রিয়-মুংঙাইবা অয়োবীহু ফংনবা হোৎনরি। মী খরনা লল্লোন-ইতিক তৌহুনা, পোৎ-চৈ শা-খোৎতুনা, লম্নুম চাওখৎহল্লবা তৌহুনা, রাজনীতিদা মকোক থোংনবা তৌহুনা থবক চিল্লরি। অহুগা খরা অমনা হয়েংমুক্কী মপোক্তা হেন্না রাংবা লোক-শিংদা পোকলুনবা হায়হুনা সকাম কর্ম্ম কয়া তৌনরি। চন্দ্রলোকবাসীশিংদি সোম-রস হায়বহু থক্লুনা অহেনবা মওংগী ইন্দ্রিয় সুখ ফংবদা মতীক চায় হায়নৈ, অহুগা দানকর্ম্মনচিংবা অফবা থবক তৌরগা পিতৃলোক (ইপা-ইপুশিংগী লৈফম) অহুদা লৈবা ফংভি হায়। অহুনা হন্দকী মপোক্তা নৎত্রগা হয়েংমুক্কী মপোক্তা ইন্দ্রিয় সুখ ভোগ তৌনবগী খোঁরম মথল মথা লৈ। খরা অমনা মেচিনগী মপান্না চন্দ্রলোক য়ৌন-নবা হোৎনরি, মরমদি পুন্ন কর্ম্ম তৌত্রবস্থ মখোয়না চন্দ্রলোক-কুম্বা অতৈ গ্রহলোকশিংদা চৎনীঙবনা য়াম্না খৌরাংলী। অহুবু মখোয়না নীঙলিবহুদি ওইখোক্তে। পরমেশ্বর ভগবাননা শেম্বা বিধি (আইন) মতুং ইন্না তোঙান তোঙানবা থাক্কী মীশিংনা মখোয়গী তৌজমল ওইনা (কর্ম্ম মতুং ইন্না) লৈনবা হায়হুনা তোঙান তোঙানবা লোক থমলিবনি। শাস্ত্রদা হায়বা অফ-অফবা থবক অহু তৌরগদা মী অমনা অফবা ইমুংদা পোকপা, ললনৈবা, অফবা শিক্ষা ফংবা, অহুগা চুঙ-ফিরান চানা শক ফজবা ওইনা পোকপা ফংগনি। হৌজিক হৌজিক্কী পুন্সিদস্থ অফবা থবক্কী মপান্না অফবা শিক্ষা অমদি লল ফংনরি হায়বসি ঐখোয়না উরি। মতৌ অসুন্না, হয়েংমুক্কী মপোক্তস্থ অসিগুম্বা কীভমসি হন্দক মপোক্তা অফবা থবক তৌরগা ঐখোয়না ফংগদৌরিবনি। অহু নত্রগদি মী অনিখক মফম অমতদা মতম অমতদা পোকমিন্নরগা মখোয়গী নহাল মপোক্কী কর্ম্ম মতুং ইন্না হন্দকী মপোক্তা খেন্নরিবসি ওইথোক্লম্মোইদবনি। অসিগুম্বা প্রাকৃত দশাশিংসে তুং কুইদে। রাংলেল রাংবা ব্রহ্মলোক অহুদা অমসুং খ্বাইগী মখাদা লৈবা পাতাল অহুদা ঐখোয়গী ওইরবা ফিভমশিংদো ঐখোয় ঐখোয়গী কর্ম্ম মতুং ইন্না হোংদোক হোংজিন নাই। বিবেকী ওইবা মীশিংদি (কোবিদ-শিংদি) অসিগুম্বা হোংদোক হোংজিন নাইবা ফীভমশিংসিনা মীহৌহনদনবা তৌগদবনি। মখোয়দি সচ্চিদানন্দময় ওইবা পুন্সি ফংনবা হোৎনবা চুম্মী, করিনা মফমহুদা লৈরুরবদি অরাবগী মশক ওইবা প্রাকৃত জগৎতা মর্ত্ত্যলোকসিদরা নৎত্রগা লোক অতোপ্পা অমদরা অমুক হল্লরুরোই। প্রাকৃত জীবনগী মওংদি অরাবা ঙাক নৎত্রগা অরা-মুংঙাই অনি য়ান্নবা অহুনি। অরা-মুংঙাইসিদি ব্রহ্মলোকস্থ অহুগা অতৈ লোকস্থ ফংঙী। দেব-দেবীশিংগী পুন্সিদস্থ অহুগা হুই হৌদোংগী পুন্সিদস্থ অরা-মুংঙাইসি ফংভি। অরাবা নৎত্রগা অরা-মুংঙাই য়ান্নবা হায়হুনা জীব পুম্নমক্না ফংলিবসি মচাঙদা অহুগা মওইদা খেন্নবতনি, অহুনা কনাগুম্বা জীবনা পোকপা, শিবা, হন্নুরকপা অহুগা অনা-য়েক তৌবা অরাবা মরিসিদগী নাম্থোকপদি ময়াম্রে। মতৌ অসুন্না, মী খুদিংগী মহাক্কী লাইবক্তা তমলকপা মুংঙাইবস্থ মরৈ। কনামতনা হায়রিবশিংসিবু লল্লাই হোৎনজরগা হেন্না ফংগে নৎত্রগা রাংনা ফংগে হায়বা য়ারোই। ফরিগুম্বা ফংলবস্থ অমুক হেক্তা মাঙগনি। মরমহুনা অসিগুম্বা অমাং-অতা নাইবা পোৎকীদমক মতম মাঙহনবা চুমদে; অহুনা মী খুদিংনা পরমেশ্বর ভগবানগী নাক তান্না হল্লবা হোৎনগদবনি। মহুনা মীপুম খুদিংগী পুন্সিগী মথৌ ওইগদবনি।

শ্লোক ১৯

**ন বৈ জনো জাতু কথংচনাব্রজেন্মুকুন্দসেব্যন্যবদঙ্গ সংসৃতিম্।**
**স্মরন্মুকুন্দাঙ্‌ঘ্র্যুপগূহনং পুনর্বিহাতুমিচ্ছেন্ন রসগ্রহো জনঃ॥ ১৯॥**

### শব্দার্থ

ন—কদৌঙৈদসু ওইদে; বৈ—লেপ্পমক; জনঃ—মীনা; জাতু—মতম অমদা হেক; কথঞ্চন—কৈনো অমা তৌদুনা, মগং অমদা নৎত্রগা অমদা; আব্রজেৎ—চঙঙী; মুকুন্দসেবী—ভগবানবু সেবা তৌবা মী ভগবদ্ভক্ত; অন্যবৎ—অতৈগুম্না; অঙ্গ—হে মুংশিবা ব্যাস; সংসৃতিম্—সংসারদা; স্মরন্—নীঙশিং-দুনা; মুকুন্দ-অঙ্ঘ্রি—ভগবানগী খোঙ-থম্বাল; উপগূহনম্—চেৎনা কোনবা; বিহাতুম—থাদোকপা; ইচ্ছেৎ—পাম্মী; ন—কদৌঙৈদসু নত্তে; (ন-ইচ্ছেৎ—কদৌঙৈদসু পামদে); রসগ্রহঃ—ভগবান ভাব রস চুপ্লিবা ভাবুক, জনঃ—মীনা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে মুংশিরবা ব্যাস, ভগবানগী ভক্ত অমনা করিগুম্বা মতমদা করিনোমগং অমদা লৈখা তারবসু মহাক কদৌঙৈদসু অতৈগুম্না (ফল পাম্বা কর্ম্মীগুম্না) সংসারদা লেপ্পমক চঙলদে মরমদি ভগবানগী খোঙ-থম্বালগী মহাও অমুক্তং তংপ্রবা (খোঙ-থম্বালবু আলিঙ্গন তৌদুনা রস খঙপ্রবা) মীদি রসদু হুন্না হুন্না নীঙশিংবা নত্তনা অতে করিমতা তৌনীংদ্রে।

### নৈনরোল

ভগবান্গী ভক্তদি হোৎনরুবা লৈতনা মশানা অদুম সংসারগী মায়া-মোহদা মথরাই চঙলক্তে; মবমদি মহাক্তি 'রসগ্রহ'নি হায়বদি ভগবান্ কৃষ্ণগী খোঙ-থম্বালগী অথুম্বদুগী মহাও তংলবা মীনি। লৈখা তাগদবগীদা তৌবা সকাম কর্ম্মীগুম্না যুৎ-চাদবা সঙ্গদগী লৈখা তাখিবা ভগবদ্ভক্ত কয়াগী খুদম লৈ। অদুবু লৈখা তারবা কর্ম্মীগা মান্নে হায়না থনফদে। কর্ম্মীদি মাগী মাগী সকাম কর্ম্মগী ফলদগী অরাবা ফংঙী অদুগা ভক্তদি ভগবান্ মশামক্তা শান্তি পীদুনা শেংদোকপী। মপা-মমা লৈত্রবা অঙাং অমগী অরাবগা নিংথৌ অমগী মুংশিজরবা মচাগী অরাবদুগা খক মান্নদে। মমা-মপা লৈজদবা অঙাংদি তশেংনমক লল লৈতে মংঙী মরমদি মহাকপু য়েংবিনবা কনামতা লৈতে, অদুগা ইনাক খুনবা মীগী মুংশিজবা মচাদি য়েংবদা মমা-মপা লৈতবা অঙাংদুগা মান্নরবসু, মতম পুম্বদা মহাকপুদি মতীক চাবা মপানা শেন্নদুনা লৈ। ভগবান্গী ভক্ত কনাগুম্বনা সঙ্গ লাল্লুবদগী করি-গুম্বা মতমদা সকাম কর্ম্মীগী মতৌ তমলুই। কর্ম্মীদি প্রাকৃত জগৎকী মপু ওইবা পাম্মী। মতৌ অদুম্না সাধক ভক্ত কনাগুম্বনা ইপঙ পঙনা ভক্তিগা শিন্নদুনা প্রাকৃত শক্তি তুংশিনগে নীংঙী। অসিগুম্বা অপঙবা ভক্তবু ভগবান্ মশামক্তা অরাবদা তাহল্লি। থোইদোকপা মচান-মনুংশি অমা ওইনা, ভগবান্না প্রাকৃত ওইবা মরল পুম্বা মাঙহনবি। অসুম্না তৌবদগী ককঙাওনরবা ভক্তদুবু মাগী মরূপ মপাং অমদি মরী মতাশিংনা লংশেকপীরে। মতমহৃদা ভগবান্গী কৃপানা মহাক্কী জ্ঞান অমুক লাকই, অদুদগীদি ভক্তিগী থবক তৌবদা মতীক চাবা অমা মহাকপু ওইহল্লি।

অসিগুম্বা লৈখা তারবা ভক্তশিংবু য়াম্না গুণ চেল্লবা ব্রাহ্মণগী ইমুংদা নৎত্রগা লল্লৈবা লল্লোনবগী ইমুংদা পোকহল্লি হায়না ভগবদ্গীতানসু হায়রি। অসিগুম্বা ফীভমদা লৈবা ভক্তদি ভগবান্না শান্তি পীরিবা অদুগা গতি লৈতবা অমা মান্না থম্বিবা ভক্তগুম্না মরায়বক ফবা নত্তে। ভগবান্গী ইচ্ছানা গতি লৈত্তবা ওইরবা ভক্তদি অফ-মুংঙাইবা ইমুংদা পোকপা মীশিংদগী হেন্না লাইবক ফৈ। অফ-মুংঙাইবা ইমুংদা পোকপা লৈখা তাখিবা ভক্তদুদি ভগবান্গী পাদপদ্মবু কাউথোকপা য়াই, মরমদি মখোয়দি মরাইবক ফবা রাংলি; অদুগা ভগবান্গী ইচ্ছাদগী গতি লৈহন্দ্রবা ভক্তদুনা লাইরক

ফবা হেল্লি, মরমদি মহাক্তো য়েংঙ্ যেংঙ্বা মায়কৈদা গতি লৈতবা মীনি হায়না খনবদগী থুরেমখৈ ভগবান্গী খোঙ থম্বালদা হন্না চঙজে।

বিশুদ্ধ (মক্তবা) ভক্তিদি পারমার্থিক ওইনা কয়ামুক মহাও লৈবগে হায়ববু ভক্ত অমনা মশা মথন্তনা লম্ন্মগী ভোগ তৌবদা পুক্নীং চঙলক্তে। মসি মথং মথং চাওখৎপা নাইবা খোঙথাঙগী ভক্তি মার্গদা সিদ্ধি ফংবগী খুদম্নি। বিশুদ্ধ ভক্তদি মতম চুপ্না লেপ্তবমখৈ ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী খুয়া থম্বানবু নীঙ-শিংতুনা লৈ অতুগা শ্রীকৃষ্ণবু মীৎকুপ অমা ফাওবা কাউদে। করম তৌবগে হায়ববু মরোল অতুমগী লল পীগে হায়রবা ফাওবদা শ্রীকৃষ্ণগী চরণ অতুবু কাউবা মরৈত্রে।

শ্লোক ২০

**ইদং হি বিশ্বং ভগবানিবেতরো যতো জগৎস্থাননিরোধসম্ভবাঃ।**
**তদ্ধি স্বয়ং বেদ ভবাংস্তথাপি তে প্রাদেশমাত্রং ভবতঃ প্রদর্শিতম্।২০॥**

শব্দার্থ

ইদম্—মসি; হি—পুম্বা; বিশ্বম্—বিশ্বতাইবং; ভগবান—ভগবান; ইব—গুম্বা; ইতরঃ—অতোপ্পা; যতঃ—মঙোন্দগী; জগৎ—ব্রহ্মাণ্ড পুম্বা; স্থান—লৈবা; নিরোধ—তুম্বা, প্রলয়; সম্ভবাঃ—সৃষ্টি, শেম্বা; তৎ হি—মায়াপুম্বদো; স্বয়ম্—নশামক্কা; বেদ—খঙঙী; ভবান্—অদোম্না; তথাপি—অতুম ওইনমক; তে—নঙোন্দা; প্রাদেশমাত্রম্—মতেক অমতং, মায়কৈ অমতং; ভবতঃ—নঙোন্দা; প্রদর্শিতম—উৎপনি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

পরমেশ্বর ভগবান মশামক বিশ্ব-তাইবং অসিনি, অতুম ওইনমক মহাক বিশ্বদগী তোঙাল্লি। ভগবানমক্তগী বিশ্বসি ওইরকপনি, মঙোন্দা লৈরিবনি অতুগা প্রলয়গী মতুংদা মঙোন্দমুক বিশ্ব অসি চঙবনি। মসি পুম্নমক নহাক্তি খঙলিবনি ঐনা শম্পৎনা হায়বতনি।

নৈনরোল

শুদ্ধ ভক্তগী মফমদদি ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণ মুকুন্দসি সবিশেষ অমসুং নির্ব্বিশেষ অনীমক ওই। নির্ব্বিশেষ বিশ্ব অসিসু মুকুন্দনি মরমদি বিশ্বসি মুকুন্দগী শক্তিদগী থোরকপনি। খুদম ওইনা হায়রগা উপাম্বী অমনা মপুঙ-ফাবা মপুম অমনি, অতুগা উনা অমসুং উশাশিংনা উদগী থোরকপা শরূক ওঃক্লি। পাম্বীগী উনাশিং অতুগা উশাশিং অতুসু উপা'পীতুনি অতুগা উপা'পীতুদি উনাসু নত্তে উশাসু নত্তে। জগৎ-সৃষ্টি পুম্বসি ব্রহ্ম নত্তনা অতৈমা নত্তে হায়না বেদনা পীরিবা মত অতুগী অর্থদি পরব্রহ্মদগী পোৎ খুদিংমক থোরকপনিনা মঙোন্দগী তোঙানবা করিমতা লৈতে হায়বসিনি। মতৌ অতুগুম্না খোঙ-খুৎনচিংবা কায়াৎশিংবু হকচাঙ কৌই, অতুবু হকচাঙসি মপুম্নবা পোৎ অমা ওইনি খোঙসু নত্তে খুৎসু নত্তে। ভগবান্দি সৎ-চিৎ-আনন্দগী দিব্য স্বরূপ-নি। মতৌ অতুম্না ভগবান্গী শক্তিনা ওইরকপা। সৃষ্টিসু মচেৎ (আংশিক) ওইনা নিত্যানি (সৎ-নি), জ্ঞান লৈবনি (চিন্ময়নি) অতুগা ফজে। মরমতুনা শুমহৎলবা বদ্ধ জীবশিংনা ভগবান্গী বহিরঙ্গা শক্তি মায়া কৌবী অসিগী মখা পোনবা মরম্না প্রকৃতিগী লাংদা থুরে। মখোয়না প্রকৃতিদনা মরোয়রে অতৈ অমা লৈত্রে হায়না লৌই, মরমদি পোৎ পুম্নমক্কী ইহান হানবা থোরককম মক্ত ওইরিবা ভগবান্ মহাক্কী মরমদা করিমতা

খঙদে। হকচাঙগী কায়াংশিংসে হকচাঙদগী লৌথোক্লুনা খায়দোক্লগদি হকচাঙদা পাল্লিঁডৌ ওইরম্বতুগা চপ মান্নবা খোঙ-খুৎ নত্তে হায়বসিসু মথোয়না খঙদে। মতৌ অদুগুম্বা, পরমেশ্বর ভগবান্গী মফমদা তৌগদবা প্রেম ভক্তিদগী তোঙান্তারবা ঈশ্বর থাজদবা সভ্যতা অদুদি তোঙানতাবা খুৎ নত্রগা খোঙ অদুগুম্বনি। তোঙানতাবা খোঙ-খুৎশিংদো খোঙ-খুৎ মানবদনি অদুগা মথোয়দো থবক্তা শীজিন্নবদি য়াদ্রে। ভগবদ্ভক্ত ব্যাসদেবনা বারোলসি মুম্না খঙঙী। খঙঙীবা ভাব অসিবু শন্দোক্না তাক্লবা তৌ হায়না শ্রীলনাবদনা শ্রীলব্যাসদেবদা পাওমেল্লম্বনি, করিনা মতম তৌরবদি মায়া-লাংদা থুববা জীবশিংনা পরমেশ্বর ভগবান্না আদি কারণ-নি (ইহান-হানবা থোবকফম্নি) হায়বদু খঙজবা ঙম্নবা শ্রীব্যাসদগী তমজহৌগনি।

বেদগী বা মতুং ইন্না, ভগবান্দি মহৌশানা মপুঙফানা শক্তিচেনবনি, অদুনা মহাক্কী পরাশক্তিশিংদি মতম পুম্বদা মপুঙ ফাবনি অদুগা মহাক্কা অমতনি প্রাকৃত অমসুং প্রাকৃত-নত্তবা আকাশ অনীমক্কে অদুগা মথোয়নিদা লৈন্নিবা পোৎ ময়ামনে ভগবান্গী বহিরঙ্গা অমসুং অন্তরঙ্গা শক্তিদগী থোরবপা ঙাক্তনি। বহিরঙ্গা শক্তিনা হুম্বে অদুগা অন্তরঙ্গা শক্তিনা থোইগৎপনি। থোইগৎপা শক্তিনা হিংনববা শক্তিনি মবমদুনা মাগা ভগবান্গা মপুঙ ফানা অমতা ওই, তৌইগুম্বসুং বহিরঙ্গা শক্তিদি থরায় পান্দবনিনা গাংশিক ওইনা অমতা ওই। অদুবু শক্তি মখল অনীমক শক্তি পুম্বগী থোরকফম ভগবান্গদি মান্নদে অদুগা ভগবান্দগীসু হেন্দে। হায়বিবা শক্তিশিংসে মতম পুম্বদা ভগবান্না খুত্থম চল্লি, মতুদি কনাগী মতৌগুম্না হায়ববু বিজুলি শক্তি (নোংথাংনা) লক্ষা কল্লবসু মা অভিযন্তা (Engineer) অমনা খুত্থম চনবা অদুগুম্বনি।

মীওইবগা অতৈ জীবশিংগসি ভগবান্গী অন্তরঙ্গা শক্তিনা থোকহনবা ঙাক্লি। মতৌ অসুম ওইবনা জীবসু ভগবান্গা অমতনি। অদুবু জীবনা পরমেশ্বর ভগবান্গা থক মান্নদে নৎত্রগা চাওবসু হেন্দে। ভগবান্গা জীবশিংগসে লোইনমক তোঙান্তাবা ব্যক্তি ঙাক্তনি। প্রাকৃত শক্তিশিংগী মতেঙনা জীবশিংসু পোৎ-চৈ শারি, অদুবু মথোয়না শারিবা পোৎ অমতনা ভগবান্না শাবশিংদুগা মান্নবা নৎত্রগা থোইগৎপা ঙমদে। মীওইবনা অপীকপা শান্নপোৎকুম্বা স্পুৎনীক (Sputnik) অমা শাবগা শুনতিঙঙাদা লংখৎপা ঙম্বা য়াই, অদুমক্তা মহাক পৃথিবী নৎত্রগা থাজগুম্বা উপগ্রহ অমা শাবগা ভগবান্না তৌবগুম্না অতিয়াদা তাউহনবা ঙমগনি হায়বদি নত্তে। য়াম্না রাৎনা খঙবা মীশিংনা মথোয় ভগবান্গা মান্নে হায়জবা শাই। মথোয়দি কদৌঙৈদসু ভগবান্গা মান্নদে। মান্নবা হায়বসি কদৌঙৈদসু ওইরগদবা নত্তে, মীওইবনা মপুঙ ফানা সিদ্ধি ফংলে হায়রবদা ভগবান্গী গুণশিংগী চামদা হুম্ফুতরা নিপালরোম চেনবা য়াই, মতুমক্তা মহাক ভগবান্গা মান্নবা নৎত্রগা ভগবান্দগী হেনবদি কদৌঙৈদসু ওইথোক্তে। অঙাও-লাই চুরবা মতাঙদদা অপঙবা জীবনা ভগবান্গা মাগা মান্নে হায়জরগা মাবু মায়া-শক্তিনা শেরান্নবা পুরবনি। মরমসিনা শেরান্নবা চৎলিবা জীব-শিংনা ভগবান্গী ঈশ্বরতত্বসি য়াগদবনি অদুগা ভগবান্দা প্রেম ভক্তি তৌগদবনি। মসিগীদমক্তনি মথোয়বু সৃষ্টি তৌবদি। ভগবদ্ভক্তি য়াওদনদি জগৎতা শান্তি লৈবা ঙম্লোই। ভাব অসি ভাগবতম্দা শন্দোক্লা ইনবা নারদনা শ্রীলব্যাসদেবদা পাওতাক পীরিবনি। ভগবদগীতাদসু ভাব অসিগা চপ মান্নবা হায়রি মতুদি—'ভগবান্গী খোঙ-থম্বান্দা মপুঙ ফানা চঙজৌ (আত্মনিবেদন তৌ)'। মপুঙ ফাববা মীওইবগী অমতা ঙায়বা মথৌদি অদুতনি।

শ্লোক ২১

**ত্বমাত্মনাত্মানমবেহ্যমোঘদৃক্ পরস্য পুংসঃ পরমাত্মনঃ কলাম্।**
**অজং প্রজাতং জগতঃ শিবায় তন্মহানুভাবাভ্যুদয়োঽধিগণ্যতাম্ ॥২১॥**

## শব্দার্থ

ত্বম্—নহাক; আত্মনা—মশামক্না; আত্মানম্—পরমাত্মাবু; অবেহি—খঙভী; অমোঘদৃক্—য়েংবদা শোয়রবা নাইদবা মী; পরস্য পুংসঃ—পরতত্ত্ব পরমেশ্বর ভগবান্‌গী; পরমাত্মনঃ—পরমাত্মাগী; কলাম্—মশূঙ; অজম্—পোকপা নাইদবা; প্রজাতম্—পোক্লকপা; জগতঃ—জগৎকী; শিবায়—মঙ্গলগীদমক; তৎ—মতু; মহানুভাব—পরমেশ্বর ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী; অভ্যুদয়—লীলাশিং; (মহানুভাবাভ্যুদয়ঃ—ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী লীলাশিং); অধিগণ্যতাম্—য়াম্না হেন্না অমদি তরং তরংনা বর্ণন তৌ।

## মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে পুণ্ডণ্ড-উবা; নং নশামক্না পরমাত্মা পরমেশ্বরবু খঙবা ঙম্মী মরমদি নহাক ভগবানগী কলা (মশূঙ) ওইনা লৈবনি। নহাক পোকপা নাইদবা (অজ) ওইরবসু জগৎকী য়াইফনবা হায়দুনা পৃথিবীসিদা থোরক্লিবনি। মরমদুনা পরমেশ্বর ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী লীলাশিংবু থোইদোক হেন্দোক্না বর্ণন তৌ।

## নৈনরোল

শ্রীলব্যাসদেবদি পরমেশ্বর ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী শক্তি শিন্নফম ওইবা কলা অবতারনি। মহাক থৌজাল হৈদুনা প্রাকৃত জগৎকী লৈখা তারবা জীবশিংগী উদ্ধারগীদমক নোংঙমলকপনি। লৈখা তাবরা অদুগা কাউনরবা জীবশিংসে ভগবানদা তৌগদবা প্রেম সেবাদগী তোখায় তাববনি। জীবাত্মাশিংদি ভগবানগী অংশ ঙাক্কনি অদুগা মখোয়সে ভগবানগী নিত্য-দাস (মতম পুম্বদা ওইদুনা লৈবা মনাই) ঙাক্কনি। জগৎকী কল্যাণগীদমক বেদ শাস্ত্র পুম্নমক পথাপ নাইনা লেংদুনা থম্মবনি। লৈখা তাবা জীবশিংগী মথৌদি বেদ শাস্ত্রগী ৱা অসি লৌশন্দুনা চৎলগা মায়ালাংদা থুরিবসি কোক্লনবা তৌবদুনি। মওং অমা নাইবগী য়েংলুরগদি শ্রীল নাবদ ঋষিনা শ্রীলব্যাসদেবগী গুরুনি হায়রবসু শ্রীলব্যাসদেবদি গুরু চঙদবা মীনি মরমদি মহাক অতৈ মী পুম্নমক্কী মরুওইবা গুরুনি। অদুবু মহাক আচার্য্য (ওজা) অমগী থবক তৌরিবনিনা মহাক মশামক ভগবান ওইববসু মশামক্কী আচরণা মীপুম খুদিংমক গুরু নাইফম থোকই হায়বদু ঐখোয়দা শ্রীলব্যাসদেবনা তম্বিরম্মী। ভগবান শ্রীকৃষ্ণ, ভগবান শ্রীরামচন্দ্র অদুগা ভগবান্ শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভু অদুগা অতৈ অবতার পুম্নমক মখোয়গী ঈশ্বরগী ওইবা স্বভাবকী হৌনবী জ্ঞান পুম্নমক্কী মপুনি, অদুমকপু মখোয়সু গুরু নাইখি। মী ময়াম্বু ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী খুয়া-পম্বালদা চঙহন্নবা হায়দুনা ভগবান মশামক্না ব্যাসদেব ওইনা অবতার তৌরগা ভগবানগী দিব্য-লীলাশিংসে বর্ণন তৌরি।

## শ্লোক ২২

**ইদং হি পুংসস্তপসঃ শ্রুতস্য বা স্বিষ্টস্য সূক্তস্য চ বুদ্ধিদত্তয়োঃ।**
**অবিচ্যুতোঽর্থঃ কবিভির্নিরূপিতো যদুত্তমশ্লোকগুণানুবর্ণনম্ ॥ ২২ ॥**

## শব্দার্থ

ইদম্—মসি; হি—লেপ্পমক; পুংসঃ—মীগী; তপসঃ—তপকী মপান্না; শ্রুতস্য—বেদ তমদুনা; বা—নৎত্রগা; স্বিষ্টস্য—যজ্ঞনা; সূক্তস্য—আধ্যাত্মিক বিদ্যা; চ—অমসুং; বুদ্ধিদত্তয়োঃ—জ্ঞানকী অমসুং দানগী;

অবিচ্যুত—কেন্দ্রবা; অর্থঃ—অপাম্বা; কবিভিঃ—ময়াম্না শকখঙলবা লাইরিক হৈবা মীতাশিংনা; নিরূপিতঃ—লেপ্লম্বা; যৎ—মচু; উত্তমশ্লোক—অখন্নবা শৈরেংনা বর্ণন তৌম্নিবা ভগবান; গুণ-অনুবর্ণনম্—গুণ শক-শোন্‌বা।

## মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ভগবান্ শ্রীহরিগী গুণ কীর্তন তৌবদি মীশিংগী তপস্যা, বেদ তম্বা, নীংথিজনা পাঙথোক্লবা যজ্ঞ, নীংথিজবা খোন্দা হায়রবা বেদ মন্ত্র, ব্রহ্মজ্ঞান অমসুং দানগী লেঙদবা ফল ওাক্লি।

## নৈনরোল

মীওইবগী বুদ্ধি চাওখৎহনবদি কলা, বিজ্ঞান, দর্শন, পদার্থ বিজ্ঞান (physics), রসায়ন (chemistry), পৃক্লীংগী ৱারোল (মনস্তত্ব—psychology), অর্থনীতি, রাজনীতি-নচিংবা হৈবা হেন্নবনি। অসিগুম্বা জ্ঞান নৈনবনা মীওইবগী সমাজনা মপুঙ ফানা পুন্সি মহৈ য়ান্নবনি। পুন্সি মহৈ য়ানবা হায়বসে পরমেশ্বর ভগবান্ বিষ্ণুবু উপলব্ধি তৌবদা খয়ে। মরমঅুনা লাইরিক য়াম্না হৈববা মীশিংনা ভগবান্ বিষ্ণুগী সেবা ফংনবা আশা থমগদবনি হায়না শ্রুতিশিংনা তাক্লি। লাইবক থীবনা বিষ্ণু মায়াগী মপান্থোংগী ফজবা শকফম্না শুমহৎলবা মীতাশিংনা বিষ্ণুগী কৃপাতনা পুন্সি মপুঙ ফাবা হায়বদি আত্মা উপলব্ধি ফংবা য়াই হায়বসে খঙদে। বিষ্ণু মায়াগী অর্থদি ইন্দ্রিয় ভোগ হায়বনি, মথুদি তুং কোইদে অত্তুগা অৱাবগী মশকসু ওই। বিষ্ণুগী মায়াগী লাংদা থুববা মীশিংদি মখোয়গী বুদ্ধিত্ ইন্দ্রিয়সুখ গীদমক শীজন্নৈ। ভগবান্‌গী মখল মখা শক্তিনা বিশ্ব-জগৎতা লৈরিবা পোৎ পুম্নমকসি ভগবান্‌দগী থোরকপা ওাক্লি হায়না শ্রীনারদনা মুনিনা ব্যাখ্যা তৌবি, মবমদি ভগবান্‌না মাগী অচিন্ত্য (মীওইবগী ৱাখলনা লাম্বা ফংদ্রবা) শক্তি শীজিন্নহুনা সৃষ্টিগী থবক পুম্নমক অমসুং মখোয়গী পরিণাম্ অপুম্বা ওইহনবা ওাক্লি। মখোয়সে ভগবান্‌গী শক্তিদগী থোবকপনি, মাগী শক্তিগী মপান তাংহুনা লৈরিবনি অত্তুগা প্রলয়গী মতুংদা মখোয় ভগবান্‌দা চঙগদবনি। মরমসিনা ভগবান্‌দগী তোঙান্তাবা করিমতা লৈতে, অত্তুবু মতম অমতদা ভগবান্ মখোয়দগী মতম পুম্বদা তোঙান তাই হায়বদি খেন্নৈ।

বুদ্ধি জ্ঞানবু ভগবান্‌গী সেবাদা শীজিন্নরবা মতমদা থবক মতৌ পুম্বা পুঙহোং হোংগনি হায়বদি অমতমক ওায়রগনি। পরমেশ্বর ভগবান অমসুং মহাক্কী মিং, মিংচৎ অমসুং গুণনচিংবা মহাক্না খেন্নদে। মরমহুনা কলা, বিজ্ঞান, দর্শন, পদার্থ-বিজ্ঞান, রসায়ন, মনস্তত্ব অমসুং জ্ঞানগী অতৈ শাখাপুম্বা ভগবান্‌গী সেবাদা পুঙশিন শীজন্নগদবনি হায়না মুনি-ঋষিশিংনা অমসুং ভগবদ্ভক্তশিং পুম্বনা তাকপিরি।

ললিত কলা, সাহিত্য, কবিতা, লাইয়েকপনচিংবসি ভগবান্‌গী যশঃগুণ কীর্তন তৌবদা শীজিন্নবা য়াই। উপন্যাসকারশিং, কবিশিং অমদি ফাওরবা সাহিত্যকারশিং অয়াম্বনা ইন্দ্রিয়গা মরী লৈনবা বিষয় ময়ামগী মরমদা লাইরিক ইনরি, অত্তুবু মখোয়না ভগবৎসেবাদা মমায় ওনশল্লবদি মখোয় ভগবান্‌গী দিব্যলীলা বর্ণনা তৌবা ঙমগনি। বাল্মীকি কবি অচৌবা অমনি, মতৌ অত্তুম্না ব্যাসদেবসু অচৌবা খোর্জৈশু অমনি, মখোয় অনীমক ভগবান্‌গী দিব্য লীলাশিং কীর্তন তৌবহুদা লুপ্লম্মী; মত্তুম তৌরগা মখোয় অমর ওইরে। মতৌ অত্তুম্না বিজ্ঞান অমসুং দর্শন শাস্ত্রবু ভগবান্‌গী সেবাদা শীজিন্নগদবনি। ইন্দ্রিয় পেন্ননবগীদমক্তা চগঙনবা কল্পনা পুথোকপনদি কান্নদে। দর্শনগা বিজ্ঞানগবু ভগবান্‌গী যশঃগুণ শক-শোনবগী থবক্তা শীজিন্নগদবনি। চাওখৎলবা মীতাশিংনা বিজ্ঞানগী

থোৎন্দা পরতত্ত্ববু (পরম সত্যাবু) খণ্ডনিংবনা থোয়বাগুভী, মরমতুনা অচৌবা বৈজ্ঞানিক অমনা ভগবান্ লৈ হায়বসি বৈজ্ঞানিক ওইবা যুক্ষমদা প্রমাণ তৌনবা হোৎনগদবনি। মতৌ অদুগুম্না, দার্শনিক আলোচনা পূম্নমক পরতত্বদি চেতন ওই অমসুং শক্তি পূম্নমক্তা তিনবনি হায়বা রাসি চুম্মী তাকপদা শীজিন্নগদবনি। মতৌ অসুম্না জ্ঞানগী শাখা পূম্নমকপু মতম পূম্বদা পরমেশ্বর ভগবান্গী সেবাদা শীজিন্নগদবনি। ভগবদগীতাদসু রাকমসি চপ চানা হায়রি। ভগবান্গী সেবাদা শীজিন্নদবা বিদ্যা পূম্বা অবিদ্যা ওাক্কি। চাওখৎলবা বুদ্ধি শেংনা শীজিন্নবদি ভগবান্গী গুণ কীর্ত্তন তৌবনি, মতুতনা পূম্বা অবিদ্যা ভাক্কি। চাওখৎলবা বুদ্ধি শেংনা শীজিন্নবদি ভগবানগী গুণ কীর্ত্তন তৌবনি, মতুতনা তওইবা অর্থনি। ভগবানগী সেবাদা শীজিন্নবা বৈজ্ঞানিক বুদ্ধিনে অদুগা অদুগুম্বা থবকশিংনে লোইনমক তশেংবা হরি কীত্তন ওাক্কনি।

### শ্লোক ২৩

**অহং পুরাতীতভবেহভবং মুনে দাস্যাস্তু কস্যাশ্চন বেদবাদিনাম্।**
**নিরূপিতো বালক এব যোগিনাং শুশ্রূষণে প্রাবৃষি নির্বিবিক্ষতাম্॥২৩॥**

### শব্দার্থ

অহম্—ঐ; পুরা— মমাংগদা; অতীত-ভবে— হৌখিবা মপোক্তা, হৌখিবা কল্পদা; অভবম্—ওইখি, মুনে—হে মুনিদেব; দাস্যাঃ—মীনাইনুবীগী; তু—তৌইগুম্বসুং ; কস্যাশ্চন—কনাগুম্বীগী, বেদবাদিনাম্—বেদজ্ঞান লৈবশিংগী; নিরূপিতঃ—থবক তৌরম্মী; বালক—মীনাই অঙাং; এব— হুৎক্তা ওইনা; যোগিনাম্ যোগীশিংগী; শুশ্রূষণে—সেবাদা; প্রাবৃষি—নোংজুথাদা, নির্বিবিক্ষতাম— পুম্নপ লৈমিন্নরম্নীঙবশিংগী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে মুনিদেব, হৌখিবা কল্পদা ঐগী হৌখিবা মপোক্তা বেদ হৈবা ব্রাহ্মণশিংগী মীনাইনুবী অমগী মচানুপা ওইনা ঐ পোকখি। নোংজুথাদা চাতুর্মাস্যব্রতগীদমক থা মরি চুপ্পা যোগীশিংতুনা মফম অমদা পুম্নপ লৈমিন্ননীঙবা মতমদা অঙাংমচা অমা ওইরবসু ঐবু মখোয়গী সেবা তৌহল্লম্মী।

### নৈনবোল

ভগবানগী সেবাগী ইহুল হুল্লবা ফীভম অমগী অংকপদু শ্লোকসিদা শ্রীনারদনা শম্ফংনা লীবি। মহাক লাইরিক লাইগু মহাক য়াম্না শীঙথানঙাই ওইরবা মপা মমানা পোকপা মচা অমনি। মহাক লাইরিক লাইগু মহাক য়াম্না শীঙথানঙাই ওইরবা মপা মমানা পোকপা মচা অমনি। মহাক নীঙথিনা হৈরমদে। অদুম ওইনমক, মাগী লৈরবা শক্তি পূম্নমক ভগবানগী সেবাদা চঙহল্লম্মনিনা মহাক অমর ঋষি অমা ওইখি। ভক্তি সেবাগী শক্তি পূবা মথৌদি অসুম্না ওই। জীবশিংদি ভগবানগী তটস্থ (তোর্বাস্তাবা) শক্তিনি, মরমতুনা ভগবানগী প্রেমভক্তিদা জীবশিংসে শীজল্লগদবা ওইয়ে। মী অমনা অসুম্না তৌদ্রগনা মানা ওইরিবা ফীভমতুবু মায়া কৌই। মরমসিনা মী অমনা মাগী শক্তি পুম্বা ইন্দ্রিয়সুখগী মতুত্তা ভগবানগী সেবাদা হেক শীজল্লবগা মাবু মায়ানা গুম্বদো খুদক্তা কোক্কনি। শ্রীনারদ মুনিগী হৌখিবা পুন্সিনা খুদম ওইনা পীরিবসিদগী তশেংনা খঙলিবদি, ভগবানগী অশেংবা সেবকশিংদা তৌবা সেবাতুনা ভগবানবু সেবা তৌবা হৌরবনি হায়বসিনি। ভগবান মশাদা তৌবা সেবাদগী মাগী সেবকশিংগী মফমদা তৌবা সেবানা চাওবা হেল্লী হায়বসি ভগবানমক্তা হায়রিবনি। ভগবানবু সেবা তৌবদগী ভক্তদা তৌবা সেবাগী মমল্লা হেল্লী। মরমসিনা ঐখোয়না ভগবানগী

সেবাদা তত্তনা লুপ্লবা মনাই অশেঙবা অমা খঙৎপা তাই; অদুগা অদুগুম্বা ভগবান্গী সেবকপু ঐখোয়গী গুরু ওইনা লৌবা তাই, অদুগা মাগী সেবাদা ঐখোয় লুপ্লা তাই। অসিগুম্বা গুরুগী কৃপানা ইন্দ্রিয়শিংনা লাম্বা ফংদ্রবা ভগবানবু দর্শন তৌবা ফংগনি। গুরুসেবাগী চাংদা মতুং ইন্না ভগবানসু মশকতু উৎলি। ভগবানগী সেবাদা মীওইবগী শক্তি শীজিন্নবনা অয়ান-খুভনগী মথং মথং কাখৎলক্লবা লম্বীনি। অশেঙবা গুরু অমনা লুচিংলগা ভগবানগী সেবা হেক তৌবগা সৃষ্টি পুম্নমসি ভগবানগা অমতনি হায়বা খঙগনি। বিচক্ষণ ওইবা গুরুদি থবক খুদিংমকপু ভগবানগী গুণ কীর্ত্তনগীদমক শীজন্নবগী লৌ-কৌশলদু খঙঙী; মরমদুনা মহাক্না লুচিংলবদি জগৎ পুম্নমক ভগবদ্ভক্তগী কৃপানা আধ্যাত্মিক ওইবা য়ুম ওনগনি।

## শ্লোক ২৪

**ত্বে ময্যপেতাখিলচাপলেঽর্ভকে দান্তেঽধৃতক্রীড়নকেঽনুবর্ত্তিনি।**
**চক্রুঃ কৃপাং যদ্যপি তুল্যদর্শনাঃ শুশ্রূষমাণে মুনয়োঽল্পভাষিণি॥ ২৪॥**

### শব্দার্থ

তে—মখোয়; ময়ি—ঐঙোন্দা; অপেত—চৎপ্রবা; অখিল—মখল পুম্নগী; চাপলে—পুক্নীং তয়াংবা; অর্ভকে - অঙাঙদা; দান্তে—ইন্দ্রিয় খুত্থম চল্লবদা; অধৃতক্রীড়নকে—শান্নপোৎ থাদোক্লবদা; অনুবর্ত্তিনি—হায়বা ইনবা; চক্রুঃ—তৌরম্মী; কৃপা—থৌজাল; যদ্যপি—ওইনমক; তুল্যদর্শনাঃ—মীচঙ মীখায়-নাইদবা; শুশ্রূষমানে—হায়রকপা য়া মখৈ মনাকোঙদা হাপ্পা; মুনয়ঃ—মুনিশিং; অল্পভাষিণি—য়া খজিক্তা ভাঙবা, ভাঙগদবদা ভাঙবা হেন্না ভাঙদবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ঐনা অঙাঙগী হৌনবা পুক্নীং-তয়াংবা অদুগা অঙাঙগী শান্নবা পুম্বা থাদোক্তুনা ইন্দ্রিয় খুত্থম চন্দুনা, য়া পঙাঙ ভাঙবা তোক্তুনা হায়বা ইনবা মীনাই অমগুম্না মখোয়গী সেবা তৌদুনা লৈয়বদা ঋষিশিংদুনা মীচং মীখায়-নাইদবা মীতা ওইদুনসু ঐগুম্বা অঙাঙ-নরাগী মফমদা কৃপা তৌবিখি।

### নৈনবোল

ভগবদগীতাদা ভগবান্না হায়, "বেদ পুম্নমক্না ঐবু থিরি।" ভগবান্ শ্রীচৈতন্যনসু বেদদা য়াওরিবা বিষয়সু অদুথক্তনি হায়রম্মী, মদুদি পরমেশ্বর ভগবান্গা জীবশিংগা লৈনরিবা মরী (সম্বন্ধ) করিনো হায়বদু লেপ্পা, সম্বন্ধ লৈবগী তৌফম থোকপা জীবগী মথৌদো পাঙথোকপা অদুগা অদুম তৌরগা অরোইবী পন্থং পরমেশ্বর ভগবান্দা হনজনবা—অসিনি। অসুম ওইবা মরম্না, বেদান্ত-বাদীশিংনা (বেদান্ত-চৎপা মীশিংনা) ভগবান্গী শুদ্ধ-ভক্তশিংবু উৎতুনা তাকই। অসিগুম্বা বেদান্ত-বাদী হায়বদি ভক্তিবেদান্তশিংদি প্রেমভক্তি য়েন্থোকপদা মীচঙ মীখায় নাইদে। মখোয়গী মফমদা মরূপ হায়বা য়েক্নবা হায়বা কনামতা লৈতে, লাইরিক হৈবা হৈতবা কনামতা লৈতে। থোইদোক হেন্দোক্না চানবা কনামতা লৈতে, চানদবসু লৈতে। ভক্তিবেদান্তশিংনা উবা হায়ববু মী ময়াম্না ওইদবা ইন্দ্রিয়গী পেন্নবা পোৎ খিবদা মতম মাঙহল্লি হায়বসিনি। ভগবান্গা লৈনবা মাঙলুরবা সম্বন্ধদু অপঙবা মী ময়াম্বু অমুক হন্না থমহন্নবা তৌবনা মখোয়গী মথৌনি। অদুম্না হোৎনবনা পুমকাউ কাউনপ্রবা মী ফাওবদা পারমার্থিক জীবন হায়বা অমা লৈ হায়বসি খঙহল্লি। অদুম্না খঙহন্নগা ভক্তিবেদান্তশিংনা দীক্ষা পীরবদা দীক্ষিত ওইবা মীশিংনা পারমার্থিক উপলব্ধিগী (লাই-থেংনবগী)

লম্বীদা অমুম অমুম খুমাঙ চাওশল্লি। মরমন্থনা, নিপামচাত্মনা মশাবু খুন্থম চনলা ওমন্ত্রিঙৈদা অন্থগা। অঙাঙগী ওইবা চেন-চোংবা অমদি শান্নবা থাদোকপা ওমন্ত্রিঙৈদ। বেদান্তবাদীশিংনা অঙাঙন্থু দীক্ষা পীবিখি। অন্থবু দীক্ষাগী মমাঙদা অঙাঙদো ছায়বা য়ান্না ইল্লমী। মায়কৈ-সোমদা চাওখংপা পান্নবদি হায়বা ইনবা ছায়খসে থাবা য়াব্রবনি। মীওইবগী পুন্সিগী অহৌবা ওইবা বর্ণাশ্রম ধর্ম্মগী মতুং ইন্না অপিকপা মুপামচাশিংবু চহি মঙা শুয়বদা গুরুগী আশ্রমদা ব্রহ্মচারী ওইহনবা থানে। অঙাঙশিংন্থ নিংথৌগী মচা মগু ওইরবস্থ মীচমগী মচা ওইরবস্থ বর্ণাশ্রম ধর্ম্ম য়ারোলশিংদো নিয়ম নাইনা অঙাঙশিংন্থুদা গুরুনা তম্বী। শিক্ষাসি বাজ্যগী নাগরিক মতীক চানা ওইননবগী ওাক নত্তনা অঙাঙন্থগী তুংদা ওইরকদবা পুন্সিবু পাবমার্থিক উপলব্ধিগীদমক শেম-শান্নবগীদমকস্থ তৌদবা য়াদবনি। বর্ণাশ্রম ধর্ম্ম চংপা অঙাঙশিংদি ইন্দ্রিয়-সুখ ভোগ তৌন্থনা লেনবা মফম মরাং খঙদবা পুন্সিগী মশক খঙদে। মপামা মমাগী গর্ভন্থুদা অঙাঙন্থবু শমন্ত্রিঙৈদা অঙাঙন্থদা পারমার্থিক জ্ঞান হাঞ্জনবফাওবা তৌবিবনি। অঙাঙন্থনা মাম্বা লাংদগী লাম্বোকপা ওপগী দাক্সী ওইখদি মমা-মপা অমিমক্সি। মন্থনি মহে য়ানবা পরিবার নিয়ন্ত্রগী ( family planning ইমুং লিংবগী থাগী ) থবক মশীন। মপুঙ ফানা ফবা অঙাঙ পোক্নবগীদমক্সি মসি। ইন্দ্রিয় খুন্থম চন্দ্রবদি, গুরু-শিষ্য ব্যবহার খণ্ড্রব,দ অন্থগা মপুঙ ফানা হায়বা ইন্দ্রবদি কনামতনা শুরুগী পাশুাক মতুং ইনবদা মহে য়ানবা ওয়োই, অন্থগা হায়রিবসি তৌদ্রবদা কনামতনা ভগবান্গী নাক তান্না হনজবা ওস্মোই।

## শ্লোক ২৫

**উচ্ছিষ্টলেপাননুমোদিতো দ্বিজৈঃ সকৃৎস্ম ভুঞ্জে তদপাস্তকিল্বিষঃ।**
**এবং প্রবৃত্তস্য বিশুদ্ধচেতসস্তদ্ধর্ম এবাত্মরুচিঃ প্রজায়তে॥ ২৫॥**

### শব্দার্থ

উচ্ছিষ্টলেপান্—ভিক্ষাপাত্রদা পকপা লুকখাক; অনুমোদিতঃ—য়াবিরবা; দ্বিজৈঃ—বেদান্তবাদী ব্রাহ্মণশিংনা; সকৃৎ—অমুখক্তং, স্ম—মমাঙৈদা; ভুঞ্জে—চায়; (ভুঞ্জে স্ম—চাখি); তৎ—মন্থনা; অপাস্ত—কোকহল্লবা; কিল্বিষঃ—পাপ পুম্বা; (অপাস্তকিল্বিষঃ—পাপকোল্লবা মী); এবম্—মতৌ অস্মনা; প্রবৃত্তস্য—চংশল্লবা মাগী; বিশুদ্ধ চেতসঃ—পুকচেল শেংলবা মাগী; তৎ—মন্থ; ধর্ম্মে—ধর্ম্মদা; ( তদ্ধর্ম্মে—মখোয়গী ভগবান্ ভজন কৌবা ধর্ম্মদা ); এব—লেপ্পনক, আত্মরুচিঃ—পুক্নীংগী অপাম্বা; প্রজায়তে—পোকখি।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ঐহাক ব্রাহ্মণশিংন্থগী য়াথং মতুং ইন্না মখোয়গী ভিক্ষাপাত্রদা পক্লম্বা চাক মথাক অন্থ অমুক্তং চাখি। মংবা মরম ওইন্থনা ঐগী পাপ পুম্বা কোকখি। ইপুক্নীংগী অমকপা লৈত্রন্থনা মখোয়গী পরমেশ্বর ভজন কৌবা ধর্ম্মন্থ থম্মোয়না পামখি।

### মৈনরোল

অশেঙবা ভক্তিস্থ লৌননবা অনা-অয়েককুয়া-লৌনখদি। অশেঙবা ভক্তদদি পাপ অমতা পাক্তে। পরমেশ্বর ভগবান্দি পুক্শেঙ লেপ্তী, অন্থনা প্রাকৃত গুণগী রাংমদা ফাওকাদ্রদা চপ মান্ননা লৈবা ওইব্রবদি কনামতনা ভগবান্গী অশেঙবা ( বিশুদ্ধ ) ভক্ত ওইবা ঙমদে। অমত্তা পনবা

ভক্তিবেদান্তশিংদি বিশুদ্ধ ভক্ত ওয়াক্তনি। নিপামচাদুদি মখোয়গা সঙ্গ তৌবদগী অদুগা মখোয়গী লুখাক চাবদগী মখোয়না বিশুদ্ধ ওইবগী গুণশিংদো চেল্লমলে। অসিগুম্না লুখাকসে শুদ্ধভক্তশিংদুগী য়াথং য়াওত্রবদু খুনরা য়াই। অদুবু অরিগুম্না মতমদা ভক্ত মানবা মীতা য়াম্না লৈ, মখোয়দুগুম্নবু ঐখোয়না চেকশনগদবনি। প্রেম ভক্তিদা চঙবা মতমদা অথিংবা ওইগদবা থবক য়াম্না লৈ। অদুবু শুদ্ধভক্তগা সঙ্গ তৌরবদি অপনবা পুম্নসে স্বাই মাঙথিগনি। সাধক ভক্তনা শুদ্ধভক্তগী দিব্যগুণশিংদু ফংলকই, মদুগী অর্থদি ভগবান্গী মিং, মিংচৎ, গুণ, লীলা-নচিংবনা মাগী পুক্লিংবু চিংশল্লি। শুদ্ধ ভক্তদগী গুণ চঙলকপা হায়বগী অর্থদি ভগবান্গী দিব্য লীলাশিংগী মহাওদু পোক্লকই হায়বনি। পরমার্থগী মহাওসিনা খুদক্তা প্রাকৃত ওইবা পোৎপুম্নবু পামহন্দে। মরমদুনা শুদ্ধ ভক্তনা প্রাকৃত কর্ম্মশিংবু করিমতা পামদে। পাপ পুম্নমক নত্রগা অথিংবা পুম্নমক কোক্লবা তুংদা মী অমবু ভগবদ্ভক্তিনা চিংশল্লি, মহাক্কী পুক্লীং লৈতাগনি, মপুঙ ফাবা ভক্তিগী মহাও হায়বদু মহাক্কী লৈগনি, মহাক্কী সাত্ত্বিক বিকার (ভক্তনা সত্ত্বগুণ চেন্দুনা ওইবা মওং খরা) পোক্লকনি অদুগা মমৈথঙদা ভগবান্দা প্রেম সেবা তৌবগী থাক্তা লৈগনি।

### শ্লোক ২৬

**তত্রান্বহং কৃষ্ণকথাঃ প্রগায়তামনুগ্রহেণাশৃণবং মনোহরাঃ।**
**তাঃ শ্রদ্ধয়া মেঽনুপদং বিশৃণ্বতঃ প্রিয়শ্রবস্যঙ্গ মমাভবদ্রুচিঃ॥ ২৬॥**

### শব্দার্থ

তত্র—মফমদুদা; অনু—মুমীৎ খুদিং; অহম্—ঐ; কৃষ্ণ কথাঃ—কৃষ্ণগী বারীশিং; প্রগায়তাম্—শক শোন্দুনা;; অনুগ্রহেণ—মখোয়না চানবীবদগী; অশৃণবম্—শ্রবণ তৌরম্মী; মনোহরাঃ—পুক্লীং হুনবগী মশক ওইবা; তাঃ—মখোয়দু; শ্রদ্ধয়া—লুনা তৌজদুনা; মে—ঐগোন্দা; অনুপদম্—খোঙথাঙ খুদিং; বিশৃণ্বতঃ—পুক্লীং চঙনা তারগা; প্রিয়শ্রবসি—পরমেশ্বর ভগবান্গী; অঙ্গ—হে ব্যাসদেব; মম—ঐগী; অভবৎ—ওইখি; রুচিঃ—অপাম্বা, হাউবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে ব্যাস, মফমদুদা বেদান্তবাদীশিংদুনা মুমিং খুদিংগী শ্রীকৃষ্ণগী পুক্লীং হুবা বারী ময়ামদো শক শোল্লি। মখোয়না চানবীবদগী ঐনা কৃষ্ণ কথাদু ইনাকোঙনা তাজে। মতৌ অসুম্না শ্রদ্ধাগা লোয়ননা শ্রবণ তৌর তৌবগা পরমেশ্বর ভগবানবু পাম্বা হৌখি।

### নৈনবোল

অদ্বয়তত্ত্ব ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণদি মশক অদুতনা চিংশনবা মত্তমা তৌথোরকপা মতৌমসু পুম্নমক্কী পুক্লীং চিংশল্লি। মদুগী মরমদি অদ্বয়তত্ত্ব হায়বসিদি মিংসু, মিংচৎসু, শকওংসু, লীলাশিংসু, পার্ষদশিংসু, থাম্নচিংবসু লোইনমক অদ্বয় (অনীগুদবা) অদুম ওই। ওইজখিদবা মচান চানবিদুনা ভগবান্না প্রাকৃত জগৎসিদা অবতার তৌবিবনি অদুগা মী(মনুষ্য) অমগুম্না মাগী লীলা ময়ামদো শাম্নবিখি, মরমদি মানা চিংশনবীবা মীশিংনা ভগবান্গী নাক্তা অমূক হনবা ঙমজে। মীওইবদি মহৌশানা কর্ম্ম করা তৌরবা মীতাশিংগী পুন্সি বাস্নিনচিংনা তাজনীংঙি; মদুগুম্বা সজনা মতম অরেম্বদা মাঙগী হায়রবা মদুগা প্রাকৃত গুণ অদুম্না আসক্তসু ওই হায়রগা মখোয় থঙদে। মতম অরেম্বদা মাঙহনগদবগী শরম্নপুদি ভগবান্গী লীলা কথাদা পুক্লীং চেল্লগা পরমার্থগী মায়কৈদা মচৈ য়াবনা

হেন্না কৈ। ভগবান্গী লীলা কথা শ্রবণ তৌরগা ভগবান্গা হকথেংননা শন্নবগুম্বনি অদুগা মথক্তা হায়থিবগুম্না ভগবান্গী বা শ্রবণ তৌরগা জীবগী মশান্নুংদা তুংশন্দুনা লৈরম্বা পাপ পুম্বা কোকই। অম্নুম্না পাপ পুম্বা কোক্লবা মতুংদা শ্রোতাদু প্রাকৃত সঙ্গদগী অস্নুম অস্নুম লাম্থোরকই। অদুগা ভগবান্গী শক্তমদা পুক্লীং অস্নুম অস্নুম থিংজল্লি। বাফমসি নারদ মুনিনা মশামক্তা থেংনবদে উৎলগা ব্যাখ্যা তৌরিবনি। বা মপুম হায়ববু অসিনি মদুদি ভগবান্গী লীলা কথা শ্রবণ তৌবতনা মী অমনা ভগবান্গী পার্ষদ ( লোইন ) ওইবা ফংজৈ। নারদ মুনিগী পুন্সিসি সৎ-চিৎ-আনন্দনা তিনবা পুন্সিনি; মঙোন্দা ঙমখৈ নাইদবা জ্ঞান (চিৎ) অদুগা লম-ওন-থুংদবা আনন্দ লৈ। মহাক প্রাকৃত অমসুং অপ্রাকৃত জগৎ অনীমক্তা চৎনীংবা মফমদা চৎপা ঙম্মী। শ্রীনারদনা হৌথিবা পুন্সিদা ভক্তিবেদান্তশিংদগী শ্রবণ তৌবগুম্না ঐখোয়সু মতীক চাবা মফমদগী ভগবান্গী কথা পুক্লীং চঙনা শ্রবণ তৌরগা পুন্সিগী সিদ্ধি হায়বদু যংবা ঙমগনি। ভক্তশিংগা সঙ্গ তৌরগা অদুম্না তৌবা শ্রবণ মতৌসি কলি যুগসিদদি তৌদবা য়াদবনি হায়।

শ্লোক ২৭

**তস্মিংস্তদা লব্ধরুচের্মহামতে প্রিয়শ্রবস্যস্খলিতা মতির্মম্।**
**যয়াহমেতৎ সদসৎ স্বমায়য়া পশ্যে ময়ি ব্রহ্মণি কল্পিতং পরে ॥ ২৭ ॥**

শব্দার্থ

তস্মিন্—অদুম ওইরবদা; তদা—মতমদুদা; লব্ধা—ফংলবা; রুচেঃ- মহাও; (লব্ধরুচেঃ- অপাম্বা পোক্লবা মাগী); মহামতে—হে বুদ্ধি অচৌবা মুনি; প্রিয়শ্রবসি—ভগবান্দা; অস্খলিতা মতিঃ—লেঙদ্রবা মনিঙ; মম -ঐগী; যয়া মদুনা; অহম্—ঐ; এতৎ - অসি; সৎ-অসৎ—অপোবা অমসুং অকুপ্পা; (স্থূল অমসুং সূক্ষ্ম ওইবা হকচাঙ); স্বমায়য়া—ঐগী পঙবনা (অবিদ্যানা'; পশ্যে- উই; ময়ি—ঐঙোন্দা; ব্রহ্মণি—ব্রহ্মদা; কল্পিতম্—ওইহনবা, শাগৎপা; পরে—প্রকৃতিগী বাংমদা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে মুনি, পরমেশ্বর ভগবান্বু পাম্বগী মহাওদু খঙবা মতমদগী ঐগী ভগবান্গী কথা শ্রবণ তৌনীংবদো হনবা নাইরমদে। মহাওদো অস্নুম হেঙ্গৎলকপগা লোয়ননা, অপোবা অমসুং অকুপ্পা হকচাঙবু ঐনি হায়না পঙবদগী লৌরুবনি হায়বদু খঙথি, মরমদি ভগবান্সু ঐসু অনিমক প্রাকৃত নত্তে।

নৈনরোল

সংসারদা লৈরগা পঙথবা (মোহ) হায়বসে অমম্বগা চাংদম্মে। অদুগা বৈদিক সাহিত্য পুম্বদা পরমেশ্বর ভগবান্বু নুমিৎকা (সূর্য্যদেবগা) চাংদম্মে। মঙাল লৈবা মফমদা অমম্বা লৈবা ঙমদে। ভগবান্ লীলা কথা শ্রবণ তৌবদি ভগবান্গা দিব্য সঙ্গ তৌবনি মরমদি ভগবান্গা মাগী দিব্য-লীলাশিংগা করিমতা খেন্নদে। মঙাল মকোক্তা সঙ্গ তৌবদি পঙথবা পুম্নমক মাঙহনবনি। পঙথবা মরম্না মায়া লাংদা থুরবা জীবনা মাসু ভগবান্সু অনিমক প্রকৃতিদগী থোরকপনি হায়না শেরাম্লনা লৌই। অদুবু অশেংবদি পরমেশ্বর ভগবান্সু জীবশিংসু প্রকৃতিগী বাংমদা লৈবা ওাক্লি (দিব্যনি, প্রপঞ্চাতীতনি)। মখোয়না প্রকৃতিগা করিসু মরী লৈনদে। খঙদবা কোক্লবদা অদুগা পরমেশ্বর ভগবান্ নত্তনা কনামতা লৈত্তে হায়বা উপলব্ধি তৌরবা ( খঙলবা ) মতমদা অবিদ্যা মাঙভী। সৎ-অসৎ দেহ অনিমক ভগবান্দগী থোরকপনিনা মদু খঙবদুনা দেহ অনীমকপু ভগবান্গী সেবাদা (ঈশিং শোকপা, মন্দির রাই তৈবা, নত্রগা ভগবান্দা থুরুম্বদা—অসিনচিংবা সেবাদা) শীজিন্নগদৌবনি।

ভগবান্‌বু মন্দিরদা অর্চনা (লাৎপা) তৌবদা অপোৌবা হকচাঙসি শীজিন্নদবা য়াদে অদুগা সূক্ষ্ম চিত্ত (পুক্নীং) অসিবু ভগবান্ লীলা শ্রবণ তৌবদা, লীলাশিংদুগী রাখল খনবদা অদুগা মহাক্না কোলোই শোনবদা শীজন্নগদবনি। অসিগুম্বা থবকশিংসে দিব্য ভাক্তনি (প্রাকৃত নত্তে)। অপোৌবা অমদি অকুপ্পা ইন্দ্রিয় পুম্নমক হায়রিবসি নত্তবা মওংদা শীজিন্নবা য়াদে। দিব্য লীলাশিংবু অসুম্না উপলব্ধি তৌবসি ভক্তি যোগগী সাধনসি চহী য়াম্না য়াম্না তৌরবা মতুংদদা ওইবনি; অদুবু নারদ মুনিদা ভগবান্নীলা শ্রবণ তৌবগী ফল পোকখিবদোনা পরমেশ্বর ভগবান্‌গী প্রেমগী লীচিংদুতনা অদুগুম্বা ফল ওইবা য়াইয়ে।

## শ্লোক ২৮

**ইত্থং শরৎপ্রাবৃষিকাবৃতূ হরের্বিশৃণ্বতো মেঽনুসবং যশোঽমলম্।**
**সংকীর্ত্যমানং মুনিভির্মহাত্মভির্ভক্তিঃ প্রাবৃত্তাত্মরজস্তমোপহা ॥২৮॥**

### শব্দার্থ

ইত্থম্—অসুম্না; শরৎ—(লাংবন মেরা) শরৎ; প্রাবৃষিকৌ—নোংজুথা; ঋতু—ঋতু অনী, হরেঃ—শ্রীহরিগী; বিশৃণ্বতঃ—লেপ্তবমখৈ শ্রবণ তৌদুনা; মে—ঐগী; অনুসবম্—অতৎ অখম নাইদনা; যশঃ—মিংচৎ; অমলম্- মক্তবা; সংকীর্ত্যমানম্—শরুবা; মুনিভিঃ—মুনিশিংনা; মহা-আত্মাভিঃ—মহা আত্মা-শিংনা; ভক্তিঃ-ভক্তি; প্রবৃত্তা—ওইবা হৌই; আত্মা—ঐগী; রজঃ—রজগুণ; তম্—তম (অমম্বা) গুণ; উপহা- মাঙহনবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতৌ অসুম্না নোংজুথা অমসুং শরৎ ঋতু অনীদা মহাত্মা মুনিশিংনা অতৎ অখম নাইদনা শ্রীহরিগী মক্তবা মিংচৎ (যশঃ) শোনবদু শ্রবণ তৌবগী তাঞ্জা ফংলুই। মদুদা রজ-তমবু মাঙহনবা ভক্তি ঐগী ওইবা হৌখি।

### নৈনবোল

পরমেশ্বর ভগবান্‌বু প্রেমভক্তি তৌবা হায়বসি জীব খুদিংগী মশানা অদুম ওইবা অপাম্বা অমনি। অপাম্বসি মীপুম খুদিংদা তুমিন্না লৈ; অদুবু প্রকৃতিগা সঙ্গ তৌরুবদগী অপাম্বসিবু রজঃ তমঃ হায়বা গুণ অনিনা মতম কুইনদগী হৌদুনা কুপশন্দুনা লৈরক্লি। ভগবান্‌গী অমসুং মাগী মহাত্মা ভক্তশিংগী কৃপাদগী জীব অমনা ভগবান্‌গী শুদ্ধ ভক্তশিংগা সঙ্গ তৌবা ফংদুনা ভগবান্‌গী মক্তবা যশঃ শোনবা মনাকোঙনা তারবদি শোয়দনমক তুরেলগী ঈচেনগুম জীবদুগী ভক্তি পোক্তুনা চেম্বা হৌই। তুরেল্না সমুদ্র য়ৌথ্রিফাওবা চেম্বগুম শুদ্ধভক্তিসু শুদ্ধভক্তগী সঙ্গ ফল ওইনা ভগবৎ-প্রেম (ভগবান্‌বু নুংশিবা) ফংথ্রিবা ফাওবা চেইহে। অসিগুম্বা ভক্তি ঈচেলদি মরক্তা খক লেপ্তে। লেপ্পদি লায়রদুনা ওমখৈ নাইদবমখৈ অসুম অসুম হেঙ্গৎলক্তুনদা লৈ। ভক্তিগী ঈচেনসে কয়ামুক শক্তি লৈবগে হায়ববু অয়েংবা ভাবুকপুসু রজঃ অমসুং তমঃ গুণশিংদগী লীংথোকহল্লি। মতৌ অসুম্না প্রাকৃত গুণ অনিসিবু মাঙহল্লি অদুগা জীববু মাগী হান্নগী স্বরূপ-তা লৈহন্দুনা মুক্তি ফংহল্লি।

শ্লোক ২৯

**তস্যৈবং মেঽনুরক্তস্য প্রশ্রিতস্য হতৈনসঃ।**
**শ্রদ্দধানস্য বালস্য দান্তস্যানুচরস্য চ ॥ ২৯ ॥**

শব্দার্থ

তস্য —মহাক্কী; এবম্—অসুম্না; মে—ঐগী; অনুরক্তস্য—মখোয়বু হকচম্না পান্নবা ঐগী; প্রশ্রিতস্য—নোল্লুকচবগী; হত-এনসঃ —পাপ-কোক্লবগী; শ্রদ্দধানস্য—মাগী ৱাহৈবু থাজবদগী; বালস্য —অঙাঙগী; দান্তস্য—ইন্দ্রিয় খুত্থম চল্লবগী; অনুচরস্য—পাওতাক ইল্লিবগী; চ—অমসুং।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মুনিশিংদুবু ঐনা হকচম্না পান্নম্মী। ঐহাক ঈংজবম্মী তপচবম্মী, অদুগা মখোয়গী সেবা তৌবনা ইপাপ পুম্বা কোক্লম্লে। ঐগী থম্মোয়না মখোয়বু য়াম্না থাজবম্লে। ঐগী ইন্দ্রিয়শিংসু খুত্থম চল্লম্মী, অদুগা ঐনা মখোয়গী পাওতাকশিংদু থবায় হকচাঙ য়াওনা ইল্লম্মী।

নৈনরোল

শুদ্ধ ভক্ত অমগী থাক্তা কাগে হায়না আশা তৌবা সাধক অমনা চেন্দবা য়াদবা গুণশিংদুনি মফমসিদা হায়রিবসি। অসিগুম্বা সাধক অমনা মতম পুম্বদা শুদ্ধ ভক্তগী সঙ্গ ফংনবা থিগদবনি। ভক্ত অমনা শেরান্নবা পুবদি য়াদনবা তৌগদবনি। সাধক মশামক্তা বিশুদ্ধ ভংগী পাওতাক পাওমেল লৌশিন্নবগীদমক ইচম চমগদবনি অদুগা ঈঙ-তপকদবনি। বিশুদ্ধ ভক্তদি পরমেশ্বর ভগবান্গী মকমদা মশাবু পুংকৎ কথোকচগদবনি। পরমেশ্বর ভগবান্দি অনিগুবা মপুনি হায়বা অদুগা অতৈ পুন্নমক্তা মাগী মনাই ওাক্তনি হায়বসি বিশুদ্ধ ভক্তদুনা খঙই। বিশুদ্ধ ভক্তদগা সঙ্গ তৌবগা প্রাকৃত জগৎকা সঙ্গ তৌবগা ওইথিবা পাপ পুন্নমক্তগী ঐখোয় কোকপা ঙম্মী। সাধক ভক্তনা শুদ্ধ ভক্তবু থাজবগা লোয়ননা সেবা তৌগদবনি অদুগা মহাক হায়বা ইনবা মী ওইগদবনি অদুগা মাবু তৌ তৌ হায়বদো চেৎনা পাঙথোকদবনি। ময়ামসি হন্দক্কী পুন্সিসিদকাওবা মহৈ য়ানগে নিংলবা ভক্ত অমগী চিহ্ন ওাক্তনি।

শ্লোক ৩০

**জ্ঞানং গুহ্যতমং যত্তৎ সাক্ষাদ্ভগবতোদিতম্।**
**অন্ববোচন্ গমিষ্যন্তঃ কৃপয়া দীনবৎসলাঃ ॥ ৩০ ॥**

শব্দার্থ

জ্ঞানম্—(ঈশ্বরবু) খঙবা; গুহ্যতমম্—থুপ্লেন থুপ্পা; যৎ—মদু; তৎ- মদু; সাক্ষাৎ- হকথেংননা; ভগবতা উদিতম্—ভগবান্মক্তা হায়রম্বা; অন্ববোচন্—পাওতাকপিখি; গামিষ্যন্তঃ—চৎলগে নীঙলকপদা; কৃপয়া—থৌজানবিদুনা; দীনবৎসলাঃ—অতোল-অতাবু থৌজানবিবশিং।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

তোল্ল-তারবা মুংশিংদবা' ভক্তিবেদান্তশিংদুনা ঐবু থাদোক্লুনা চৎলমদাইদা ভগবান্ মশামক্তা তাকপীবা থুপ্লেন-থুপ্পা 'ঈশ্বরবু খঙনবা জ্ঞান অদু ঐঙোন্দা তাকপীরম্মী।

## মৈনরোল

বিশুদ্ধ বেদান্তী হায়রবদি ভক্তিবেদান্ত অমনা ভগবানমক্তা তাকপিরম্বা পাওতাক অহুমক সেবক শাখাশিংদা তাকপী। পরমেশ্বর ভগবানবুদা তুং ইনগদবনি হায়বা বাসে ভগবান্না ভগবদগীতানচিংবা শাস্ত্রগ্রন্থশিংদা হায়বি। ভগবান্ শ্রীহরিনা সৃষ্টি, স্থিতি অমসুং প্রলয় অহুমু থোকহল্লি। ময়ায়া উরিবা সৃষ্টি পূম্বসি ভগবান্গী ইচ্ছানা লৈরিবনি, অদুগা অমুক মহাক্কী ইচ্ছানা উৎলিবা কুম্মেসি লোইবা মতমদা মাগী লোয়নবকপা পূমমক্তা কোম্বনা মাগী নিত্যধামদা মহাক লৈরগনি। সৃষ্টিগী মমাঙদা মাগী নিত্যধামদা লৈরম্মী অদুগা প্রলয়গী মতুংদসু মহাক অদুম লৈগনি। অদুনা ভগবান্দি মহাক্তা সৃষ্টি তৌবা জীবশিংগুম্বা অমা নত্তে। মহাক্তি দিব্যনি (প্রাকৃত নত্তে)। ভগবদগীতাদা ভগবান্না হায়রি মহুদি—পাওতাক অসি অর্জুনদা পীজিবৈগী আ মমাঙদা বিবস্বান্-দা (সুমিৎ কৌবা লাইদা) পীখিবনি; মতমগী খোঙলৈ মতুং ইন্না পাওতাকসি (যোগ অসি) শেরায়না শীজিন্নদুনা কায়খিবনা অমুক অর্জুনদা তাক্লিবনি, মরমদি অর্জুনদো মপুঙ ফাবা ভক্তনি অদুগা সখা অমনি। মরমসিনা ভগবানগী পাওতাকসে ভক্তশিংদনা খঙবা লৌশনবা ঙমগনি অতৈনদি ঙম্মোই। নির্ব্বিশেষ-বাদীশিংনা ভগবান্গী দিব্যরূপ কবিনো খঙদবা মরম্না ভগবান্গী থুপ্নেন থুপ্না বচন অসিগী অর্থ খঙদে। 'গুহ্যতম' (থুপ্নেন থুপ্না) হায়বা বাহৈসি মফমসিদা মরুওইবা অর্থ অমা পুরি, মরমদি ভক্তিগী জ্ঞানদি নির্ব্বিশেষ ব্রহ্মগী জ্ঞানগী আ মথক্তনি। 'জ্ঞানম্' হায়বগী অর্থদি অচম্বা জ্ঞান (খঙবা) হায়বনি নত্রগা জ্ঞানগী মশা মরেং অমবু হায়বনি। হায়রিবা জ্ঞান অসিনা অমুম কাথৎলকপনা নির্ব্বিশেষ ব্রহ্ম জ্ঞান অদু ফাওবদমক য়োই। অদুগী মথক্তা, জ্ঞানদুনা ভক্তিগা থরদং তিন্নরবা মতমদা পরমাত্মাবু খঙবগী থাক ফাওবদা য়োই। পরমাত্মাবু হায়বদি সর্ব্বব্যাপী ভগবানবু খঙবা হায়বসিনা নির্ব্বিশেষ জ্ঞানদগী থুপ্না অমুক হেনজল্লি। অসিগুম্বা জ্ঞান অসিনা শুদ্ধ ভক্তি ওইখৎলক্লবা মতমদা জ্ঞান অদুবু 'গুহ্যতম' (থুপ্নেন থুপ্না) জ্ঞান কৌই। থুপ্নেন থুপ্না জ্ঞান অসি ভগবাননা ব্রহ্মাদা, অর্জুনদা, উদ্ধব-নচিংবদা পীরম্মী।

### শ্লোক ৩১

**যেনৈবাহং ভগবতো বাসুদেবস্য বেধসঃ।**
**মায়ানুভাবমবিদং যেন গচ্ছন্তি তৎপদম্ ॥ ৩১ ॥**

### শব্দার্থ

যেন—মদুনা; এব—লেপ্পমক; অহম্—ঐ; ভগবতঃ—ভগবান্গী; বাসুদেবস্য—ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী; বেধসঃ—বিধাতা মকোক্কী; মায়া—শক্তি; অনুভাবম্—মতীক মরাই; অবিদম্—খঙলম্মী; যেন্—(জ্ঞান) অদুনা; গচ্ছন্তি—মখোয়না চৎলি; তৎপদম্—ভগবান্গী খুয়া-খাদা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

থুপ্নেন-থুপ্না জ্ঞানদুনা ঐহাক সৃষ্টি-স্থিতি-প্রলয় কর্তা মকোক বাসুদেবগী হায়রবদি ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী শক্তিগী প্রভাব (মতীক মরাই) খঙলম্মী। মহু খঙবা কনাগুম্বনা ভগবান্গী খুয়া-নাক্তা য়োবা ঙমদুবা মাগা হকথেংনমনা উনগনি।

নৈনরোল

ভক্তি যোগনা নল্লগা থ্ণ্ণেন থ্ণ্ণা জ্ঞান অতুনা পান্থে ওইতুনা কনাগুম্বনা ভগবান্গী শক্তি মথল মখা ময়াম্বু ইল্লায় লায়না খঙবা ঙমগনি। শক্তিতুগী শরুক অমখক্তনা প্রাকৃত জগৎসিবু প্রকাশ তৌরি (শাৎহল্লি)। মাগী শক্তিগী (পরা অথোইবা) শরুক্না বৈকুণ্ঠ জগৎ (Spiritual world) থোকহল্লি। মরক্কী শক্তিনা জীবশিংবু থোকহল্লি। জীবশিংনা মথক্তা পনথ্রিবা শক্তি অনিসিবু সেবা তৌরি। প্রাকৃত শক্তিবু সেবা তৌরিবা জীবশিংনা হিংননবা অমম্তুং মুংঙাইনবা য়াম্না কল্লা হোৎনরি। মায়া ওইনা মুংঙাইববু মখোয়গী মফমদা উহল্লি। দিব্য শক্তিদা (Spiritual energy) দা লৈবা মখোয়বুনা সচ্চিদানন্দময় ভগবান্গী সাক্ষাৎ সেবা তৌহন্দুনা থম্মী। ভগবান্ মহাক্ন ভগবদ্গীতাদা হায়খিবগুম্না, মায়া লাংদা থুরবা জীবশিং হায়বদি মায়া শক্তিগী রাজ্যদা পৎতুনা লৈরবা জীবশিংনা মায়িক জগৎতা তৌরিবা থবক পুম্নমক থাদোক্লগা ভগবান্দা হনজল্লি। মসি জ্ঞানগী থ্ণ্ণেন থ্ণ্ণা শরুক্নি। অতুবু মসি খঙবা মীদি শুদ্ধ ভক্তশিংদনা খঙঙী, অতুগা অসিগুম্বা ভক্তশিংদনা ভগবান্গী রাজ্যদা ভগবান্ মশামকপু উননবা অমদি সেবা তৌনবগীদমক চঙঙী। তাংদাংবা খুদমদি নারদ মশামক্নি, মহাক সৎ-চিৎ-আনন্দময় ওইবা মতাঙসি ফংখি। শ্রীনারদ মুনিগী খুতুং ইনগে হায়রগদি পান্থেশিংসে মী খুদিংনা শীজন্নবা য়াই। শ্রুতিগী মতুং ইন্না পরমেশ্বর ভগবান্গী শক্তিদি ঙমখৈ নাইদবনি। মসিগীদমক মহাক থোইনা হোৎনরুবা লৈতে। মাগী শক্তিশিংদি মথক্তা পনখিবগুম্না চৈকোক অহুম থোক্না খায়রিবতুনি।

শ্লোক ৩২

**এতৎ সংসূচিতং ব্রহ্মংস্তাপত্রয়চিকিৎসিতম্।**
**যদীশ্বরে ভগবতি কর্ম্ম ব্রহ্মণি ভাবিতম্ ॥ ৩২॥**

শব্দার্থ

এতৎ—মসি; সংসূচিতম্—শাস্ত্র খঙবশিংনা তাক্লম্মী; ব্রহ্মণ—হে ব্রাহ্মণ ব্যাস; তাপত্রয়ম্—অরাবগী মৈচাক অহুম; চিকিৎসিতম্—লাইয়েংনবা পান্থে; যৎ মহু; ঈশ্বরে—খুতুম চনবা মকোক; ভগবতি—পরমেশ্বর ভগবান্দা; কর্ম্ম—কনাগুম্বগী তৌগদবা থবকশিং; ব্রহ্মনি—অচৌবদু; ভাবিতম—কৎথোক্লবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে ব্রাহ্মণ ব্যাসদেব, সংসার মৈচাক অহুম (আধ্যাত্মিক, আদিদৈবিক, আধিভৌতিকতাপ) কোক্লবা খ্বাইদগী যবা পান্থেদি কনাগুম্বা মীনা তৌজরিবা থবক পুম্নমক অতু ঈশ্বর (লোইনমক্কী লাইবক লেপ্পা) ভগবান্দা (শ্রীকৃষ্ণদা) কথোকপদনা ওইগনি হায়না শাস্ত্র খঙবা বিদ্বানশিংনা লেপলম্লে।

নৈনরোল

অরান খুভমগী লম্বী হাংদোক্লবা হায়বদি পুন্সিগী মৈচাক পুম্বদগী নাস্তোকপা য়ানবা ওইথোকপা য়াবা অমম্তুং চৎনবা য়াবা পান্থেদি মতীক চাবা অশেঙবা মীতাদগী ভগবান্গী দিব্য লীলাশিংদু নোল্লুকপগা লোয়ননা শ্রবণ তৌবদনা ওই হায়বসি শ্রীনারদ মুনিদি মশামক্না খঙজরবনি। মসিদনি কোক্লনবা উপায় হায়বদো। সংসারদা লৈবা পুন্সিদি অরাবগী মৈচাক ঙাক্তনি। পুম্নীং হকচাঙগা মরী লৈনবা (আধ্যাত্মিক), মহৌশা কৌবী লাইরৈমনা পীবা (আদিদৈবিক) অহুগা জীব অভেদগী

ফংবা অরা-মৈচাক্কী মখল অহুমসি কোক্লবা উপায় কয়া অপঙবা মীশিংনা মখোয়গী পীকতক-চেংতকপা থোপশিংনা পুথোক্লে। জগৎপুম্বা অরা-মৈচাকশিংদগী নাম্থোক্লগা ছিংনবা কন্না লাক্লরি। অদুবু ভগবান্গী য়াথং য়াওপ্রবদি থৌরাং অমতা হায়রবদি মৈচাক-কোক-পান্থে অমতনা পান্নরিবা শান্তি অমদি পুক্নীং নৈতাবা হায়রবদু তশেংনা পুবকপা ঙম্মোই হাযবা মীওইবনা খঙদে। হৌদাক্লা অনাবা মীবু ফহন্নবা লায়েংবগী পান্থৈদি ভগবান্গী য়াথংবু য়াওপ্রবদা করিমতা কান্নদে। ভগবাননবু যাবিপ্রবদা যৎ-চাবা হিরেন অমনা পান্থে ওইবগা তুরেল নক্লগা সমুদ্র লানবদি ওইবা যারোই। ভগবান্না যাথং তাওথবগী অঙম্বা কোক্লেননি হায়বসি ঐখোয়না খঙবা চুম্মী। মরমদুনা মমৈদা মহৈ য়ান্নবা হায়বদি মহৈ য়ানবগী লম্বীদা লৈরম্বা অপন অরাক পুম্নমক্কগী নাম্থোক্লবা ঐখোয়না ঐখোয়গী হোৎনবা খুদিংমক ভগবান্গী কৃপাদা ইম্থোক্কদবনি। ভগবান্দি সর্ব্বব্যাপীনি (পুঙথুং থুংবনি) সর্ব্বশক্তিমাননি (লোইনমক তৌবা ঙম্বনি) সর্ব্বজ্ঞনি (লোয়নমক খঙবনি) অমসুং সর্ব্বত্রগনি (মফম পুম্বদা লৈবনি)। অফ যত্ত ফল পুম্নমক্কী যাথং পীবা কোক্লেননি। মরমদুনা ঐখোয়না ঐখোয়গী থবক পুম্বা ভগবান্গী কৃপাদা ইম্থোকপা তমগদবনি অদুগা মহাকপু ব্রহ্মন নত্রগা পরমাত্মা নত্রগা ভগবান্ হায়না লৌগদবনি। মীদুনা কবি ওইরি ওইদে হায়বনা চৎনবা য়াদে। মী খুদিংমক মাগী লৈজবা পুম্বা ভগবান্গী সেবাদা কখোক্কদবনি। কনাগুম্বনা লাইবিক হৈবা পণ্ডিত, বৈজ্ঞানিক, দার্শনিক, কবিনচিংবা ওইরবদি মহাক্কী বিদ্যাদো ভগবান্গী পরতত্ব পুথোকপদা শীজিন্নযম থোকই। পুন্সিগী ক্ষেত্র খুদিংমক্তা ভগবান্গী শক্তিবু নৈনদুনা খঙনবা হোৎনৌ। ভগবানবু হৃদয়গদু অদুগা মাগুম্বা ওইনবা হোৎনগদু অদুগা জ্ঞান মচেৎ অমতং লৈরুবগা মহাক্কী মফমদু লৌগদবগী তৌকদু। কনাগুম্বনা শাসন-পূবা মী, রাজনীতি-হৈবা মী, লাম্মী, রাজনীতি য়াওবা মীনচিংবা ওইরবদি মহাক্লা রাজনীতিদা ভগবান্গী পরতত্ব পুথোক্লবা হোৎনগদবনি। অর্জ্জুন-না তৌরম্বগুম্না ভগবানগীদমক্তা লাম্থেংনৌ। অহানবদা লাম্মী চৌবা অর্জ্জুন-না লাল তৌরোই হায়রম্মী, অদুবু লাল তৌযম থোকই হাযনা শ্রীকৃষ্ণনা হায়দুনা য়াহল্লবদা শ্রীঅর্জ্জুনদো লাল তৌদবগী রারেপ হোৎদুনা শ্রীকৃষ্ণগী মরম-গীদমক লাল শোক্লখি। মতৌ অদুগুমদুনা কনাগুম্বা অমনা লল্লোনবা, পোৎশা-পুথোকপা অমদি লৌউ শিংউবা ওইরবদি মহাক্লা ভগবান্গীদমক মাগী রানা তাল্লুবা শেল অদু শীজন্নগদবনি। নঙনা তুংশল্লিবা লল অদু ভগবান্গী মরলনি হায়না মতম পুম্বদা খল্লু। লল-বু লক্ষ্মীনি হায়না অদুগা ভগবান্না নারাযণনি হায়বদি লক্ষ্মীগী মপুরোইবনি হায়না লৌনৈ। লক্ষ্মীবু ভগবান্ নারায়ণগী সেবাদা শীজন্নরগা মুংঙাইয়ু। মসিনি পুন্সিগী ক্ষেত্র খুদিংদা ভগবান্বু উপলব্ধি তৌবা হায়বদো। অতৈ পুম্বা অরেম্বনি, খ্রাইদগী হেনবা থবক্তি সংসারিক কর্ম্ম পুম্বা তোক্লনা ভগবান্গী দিব্য-লীলা শ্রবণ তৌবদা মপুঙফান ইশাবু চঙহনবনা ওইগনি। অদুবু অসিগুম্বা সুযোগ (খুদোংচাবা) ফংপ্রগদি, মী মানা থোইদোক্লা পামজন্নিবা পোৎ অদু ভগবানগী সেবাদা চঙহন্নবা হোৎনগদবনি। মদুতনা শান্তি অমসুং উন্নতি ওইগনি। 'সংস্থূচিতম্' হায়বা শব্দ অমা নৈনরিবা শ্লোকসিদা য়াওরিবসে অবেম্বা পোৎ নত্তে। শ্রীনারদ মুনিনা তৌরিবা উপলব্ধি অদু অঙাঙগী রাথলনি হায়না মীৎকুপ অমফাওবা খনফদে। মসি মদুগুম্বা নত্তে। হৈশিংলবা বিদ্বানশিংনসু অসুম্বা উপলব্ধি তৌরিবনি। মদুনা 'সংস্থূচিতম্' (বিদ্বানশিংনা লেপলম্বা) হাযবা শব্দগী অশেঙবা অর্থনি।

শ্লোক ৩৩

**আময়ো যশ্চ ভূতানাং জায়তে যেন সুব্রত।**
**তদেব হ্যাময়ং দ্রব্যং ন পুনাতি চিকিৎসিতম্ ॥ ৩৩ ॥**

শব্দার্থ

আময়ঃ—অনাবা লায়না; যঃ চ—করিনো অমা; ভূতানাম্—জীবশিংগী; জায়তে—ওইথোকপা য়াই; যেন—মহুনা; সুব্রত—হে ব্রত চেৎপা; তৎ—মহু; এব—মক; হি—লেপ্পমক; আময়ম্—অনাবা; দ্রব্যম্—পোৎ; ন—ওইদ্রা; পুনাতি—শামহল্লি; চিকিৎসিতম্—(অহুনা) লাইয়েংবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ভগবানদা চপ য়ুংলবা হে মুনি, জীবশিংগী অনাবা পোকহনবা পোৎ অমবু অতোপ্পা পোৎ অমগা বসায়ন তৌহুনা শেমলগা পীজববদি অনাবহু শামদ্রা?

নৈনরোল

অহৈবা মাইবনা মানা য়েংবা অনাবা মীহু চীপ্পাক্লা লাযেংঙী। খুদম ওইনা, শঙ্গোমদগী থোকপা অচাপোৎনা করিগুম্বা মতমদা পুক্নী লায়না ওইহল্লী, অহুবু শঙ্গোম ফমহল্লগা হীদাক মচল খরগা তিন্নরগা পুক্নী লায়না অহু কোকহল্লী। মতৌ অহুগুম্মা, সংসার মৈচাক অহুমসিবু সংসারিক কর্ম্মতনা কোকহনবা য়ারোই। সংসারিক কর্ম্মশিংহুবু পাবমার্থিক ওইহনবা তাই, মহুদি মৈদা য়োৎ য়িক্লগা ঙাংশং ঙাংলবা মতমদা য়োৎতুনা মৈগী থবক হৌবগুম্মা। মতৌ অহুগুমহুনা সংসারগীনি হায়না খল্লিবা পোৎ অমবু ভগবানগী সেবাদা হেক শীজন্নবা মতমদা সংসারগী ওইনা লৈরম্বদো খুদক্তা তোকই। পারমার্থিক মঙ্গলগীদমক্তি হায়বিবসি অথ,প্লা রানি। প্রকৃতিবু খুহুম চনগে হায়না ঐখোয়না হোৎনবা চুমদে অহুগা প্রকৃতিগী ওইবা পোৎশিংবুস্ত লংশেকহৈদে। খ্বাইদগী ফত্তবা পোৎপু খ্বাইদগী ফবা মওংদা শীজন্নবা হায়বসে পোৎ খুদিংবু পরতত্ব ভগবানগী মরীদা শীজন্নবা অহুনি। পরব্রহ্মদগী পোৎ পুম্নমক থোরকপনি, অহুগা মাগী রাখলনা লাম্বা ঙমদ্রবা (অচিন্ত্য) শক্তিগী মপান্না ভগবান্না আত্মাবু ভৌতিক ওইহনবা অহুগা ভৌতিক ওইবা পোৎপু (matter) আত্মা (spirit) ওইহনবা ঙম্মী। অসুম্না ভৌতিক ওইবা পোৎপু ভগবানগী ইচ্ছানা আত্মিক ওইহনবা য়ানবগী চঙদবা য়াদবা ফীভমদি ভৌতিক ওইবা পোৎপু আত্মাগী সেবাদা শীজন্নবা অহুনি। মহুনা সংসার-লায়না (ভবরোগ) য়েংনবগী অহুগা ঐখোয় ইশা ইশাবু অনায়েক লৈতবা, কপনঙাই মরম ওইদবা অহুগা কিনঙাই মরম পোক্তবা আত্মাগী ওইবা থাক্তা থাঙ্গৎনবগী মরম্নি। ঐখোয়না পোৎ খুদিংমকপু ভগবানগী সেবাদা শীজন্নরবদি পবব্রহ্ম নত্তনা অতৈ করি অমা লৈতে হায়বা ঐখোয় খঙগনি। বেদগী মন্ত্র 'পোৎ খুদিংমক ব্রহ্মনি' হায়বহু মতৌ অসুম্না উপলব্ধি তৌগনি।

শ্লোক ৩৪

**এবং নৃণাং ক্রিয়াযোগাঃ সর্ব্বে সংসৃতিহেতবঃ।**
**ত এবাত্মবিনাশায় কল্পন্তে কল্পিতাঃ পরে॥ ৩৪॥**

শব্দার্থ

এবম্—অসুম্না; নৃণাম্—মীওইবশিংগী; ক্রিয়াযোগাঃ—থবকপুম্বা; সর্ব্বে—পুম্নমক; সংসৃতি—সংসার; হেতবঃ—মরম্ন ময়াম; (সংসৃতিহেতবঃ—সংসার ওইহন্নবা মরমশিং); এব—শোয়দনমক; আত্মা—থবক-পাম্বী; বিনাশায়—হাৎনবগী; কল্পন্তে—(থবক) ঙম্মী; কল্পিতাঃ—কৃৎথোক্লবা; পরে—পরব্রহ্ম।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতৌ অসুন্না মীওইবগী থবক পুন্নমক ভগবানগী সেবাদা কৎথোক্লবা মতমদা সংসারগী লাংদা থুহন্নবগী ওইরম্বা মাগী থবকশিংদো মাগী থবক পাম্বীবু হাৎনবগী মরম ওইরকই।

নৈনরোল

জীববু মতম চুপ্পা ফাহনা থনম্বা সকাম কর্ম্মদো খোনাং পাম্বীগা ভগবদ্গীতাদা চাংদমনৈ, মরমদি পাম্বীদো অওইবমক মরা য়াম্না লুনা তাই। থবক্কী মহৈ চানীংবগী ইচ্ছা লৈন্নিবমখৈ জীবাত্মানা হকচাঙ অমদগী নত্রগা মফম অমদগী অতোপ্পা অমদা হনজন হনজন পোকলুবা হায়বসি মাগী থবক্কী মওং মতুং ইন্না তৌবা তাবনি। কর্ম্মফল চাবগী ইচ্ছাদো ভগবানগী থবক তৌবগী ইচ্ছাদা ওন্থোকপা য়াই। অদুম্না ওন্থোক্লগা মী অমগী কর্ম্মযোগ ওইহনবা য়াই, হায়রবদি মানা থরায়না পামজবা থবক অদু তৌনা তৌনা পারমার্থিক সিদ্ধি ফংনবা পাম্বৈ ওইহনবা য়াই। মফমসিদা 'আত্মা' হায়বা শব্দসিনা উংলিবদি সকাম কর্ম্ম মখল পুম্বনি। হায়রিবসিনা তারকপা রাফম হায়ববু কর্ম্মনচিংবা সকাম কর্ম্ম অতৈ অতৈস্থ ভগবৎ সেবাগা উচন্ চনবগুম তিন্নরবা মতমদা কর্ম্মদুনা মখা কর্ম্ম পোকথবা লেপ্পুনা ভক্তিযোগগী মায়কৈদা অসুম অসুম হোম হোম চাওথৎলক্কনি। মদুনা থবক-খোংনাংগী পাম্বী মরু মপুঙ ফানা ককথৎপদা নত্তনা থবক তৌরিবা মীদুবু ভগবানগী চরণ তান্না পুবিগনি।

রা মচং হায়ববু অসিনি মদুদি—ইহান হানবদা বেদান্ত হৈবদা নত্তনা পরমেশ্বর ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী বিশুদ্ধ ভক্ত ওইবা অমসুং আত্মা-উপলব্ধি ফংলবা মীতা ওইবা ভক্তশিংগা সঙ্গ তৌনবা হোৎনবা তাই। মদুগুম্বা সঙ্গ-লক্তা সাধক ভক্তনা পুক্নীং হকচাঙ য়াওনা থাকপা-লৈতবমখৈ প্রেম সেবা তৌগদবনি। সেবাগী পুকচেলসি উবদা পেল্লদুনা মহাত্মাশিংনা হেন্না চানশিল্লক্তুনা মখোয়গী কৃপা হৈথরক্কনি মদুগী ফল ওইনা সাধক ভক্তগী মশাংদা শুদ্ধ ভক্তগী দিব্যগুণশিংদো চেল্লহনগনি। অদুদগীদি অসুম মথং মথং ওইনা হেন্গৎলক্তুনা ভগবানগী দিব্যলীলা শ্রবণ তৌবদা থরাই লুপ্পক্কনি, মদুম তৌরবদা স্থূল অমসুং সূক্ষ্ম দেহগী স্বরূপ অওইবদু খঙবা ঙমগনি, অদুদগী হেন্দোক্তুনা শুদ্ধ আত্মা করিনো অদুগা পরমাত্মা পরমেশ্বরগা লৈনরিবা নিত্য সম্বন্ধদো করিনো হায়বা খঙবা ঙমলক্কনি। নিত্য সম্বন্ধদু থমদুনা সম্বন্ধদো শোয়দনা হায়না খঙলবা তুংদা ভগবানগী মফমদা তৌগদবা শুদ্ধ ভক্তিদো হৌগনি; অদুদগী মথং চঙশল্লকপনা নির্ব্বিশেষ ব্রহ্ম অমদি পোৎসুংদা লৈরিবা পরমাত্মা অনিসিগী রাংমদা লৈবা পরমেশ্বর ভগবানবু মপুঙ ফানা খঙবা ঙমগনি। ভগবদ্গীতাদা হায়রিবা পুরুষোত্তম যোগ অসিনা মী অমনা হৌজিক লৈরিবা দেহসিদা সিদ্ধ ওইগনি অদুগা ভগবানগী সৎগুণশিংগী শরূক ভক্ত অমনা চেনবা য়াবমখৈ য়োনা চেনগনি। বিশুদ্ধ ভক্তশিংগা সঙ্গ তৌবগী ওইখৎলকপা ফলদি অসিনি।

শ্লোক ৩৫

**যদত্র ক্রিয়তে কর্ম্ম ভগবৎপরিতোষণম্।**
**জ্ঞানং যত্তদধীনং হি ভক্তিযোগসমন্বিতম্। ৩৫**

### শব্দার্থ

যৎ—মতু; অত্র—পুন্সিসিদা, ইহলোকসিদা; ক্রিয়তে—তৌই; কর্ম্ম—থবক; ভগবৎপরিতোষণম্—ভগবান্বু পেলহন্দুনা; জ্ঞানম্—খঙনা; যৎ—মতু; তৎ—মতু; অধীনম্—মখাপোনবা; হি—লেপ্পমক; ভক্তিযোগসমন্বিতম্—ভক্তিযোগদগী পোক্লকপা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ভগবান্গী পেন্নবগীদমক পুন্সিসিদা তৌবা থবক অদুবু ভক্তিযোগ নত্রগা ভগবৎ-প্রীতিসেবা কৌই অমসুং জ্ঞান হায়না খঙনরিবদু মদুগী (ভগবান্না পেন্নবা থবকী) মখা পোল্লি হায়বদি মদুগী ফলনি।

### নৈনরোল

ময়াম্না পুনশ্নিবা ভাবতি শাস্ত্রনা তাকপা মতুং ইন্না সকাম কর্ম্ম তৌরগ। আত্মা উপলব্ধি তৌননবা দিব্য জ্ঞান ফংবা মপুঙ ফানা ঙমগনি হাযবসিনি। মী থবনা ভক্তিযোগবু কর্ম্মগী অতোপ্পা মওং অম'ন হায়না লৌই। অওইবদি ভক্তিযোগদি জ্ঞান অমসুং কর্ম্ম অনিগী মথকথোংবা পোৎনি। ভক্তিযোগদি জ্ঞান নত্রগা কর্ম্মগী মখা পোন্দে। মদুদি নত্তনা জ্ঞানগা কর্ম্মগদুম ভক্তিগী মখা পোল্লি। শ্রীনারদনা ব্যাসদা তাকপিরিবা ক্রিয়াযোগ নৎত্রগা কর্ম্মযোগ অসিদি থোইদোক হেন্দোক্লা তৌফম থোকপা অমনি হায়রিবনি মবমদি মসিগুম্বসিনা ভগবান্বু পেলহল্লি। ভগবান্না মচা জীবশিংবু পুন্সিগী অৱা মৈচাক অহুমসি ফংহননীংদে। মহাক্না পাম্বদি জীব পূম্নমক মনাক্তা লাক্কুনা মাগা লৈমিন্নবা অসিনি। অদুবু ভগবান্গী নাক্তা হনবা তাৱবদি হন্দোরিবা মীদু সংসার অপাম্বা কৌবা লায়নাশিংদু মশাদা চেন্দবা তাই। মরমদুনা ভগবান্বু পেলহন্নবা থবক তৌরবদদা থবক তৌরিবা মীদুনা সংসাব লাংদগী নাম্থোকপা ঙমগনি। অসুম্না নাম্থোকপা (আত্মশুদ্ধি) ওইববু আধ্যাত্মিক জ্ঞান কৌই। মরমসিনা জ্ঞানদি ভগবান্গীদমক তৌবা থবকী (কর্ম্মগী) মখা পোল্লি। অতৈ জ্ঞানদি ভক্তিযোগ য়াওদবনা হায়বদি ভগবান্গী পেন্নবা নত্তবনিনা কনাবুসু ভগবান্গী নাক্তা পুৰা ঙম্মোই, মসিগী অর্থদি মোক্ষ (অৱান খুডম) ফাওবা পীবা ঙম্মোই; ঙম্মোই হায়বসি 'নৈষ্কর্ম্যম্ অপি অচ্যুতভাববর্জ্জিতম্' হায়বা শ্লোক অদুগী মতাঙদা ব্যাখ্যা তৌগ্রবনি। অৱোইবদা হায়নীংবা হায়ববু—ভগবান্দা শুদ্ধসেবা তৌরিবা হায়বদি ভগবান্গী যশঃ লীলাবু শ্রবণ কীর্ত্তন থোইদোক্লা তৌরিবা ভক্তনা মতম অমতদা ভগবান্গী কৃপানা আধ্যাত্মিক জ্ঞান ফংই—হায়বসিনি। ৱাফমসি ভগবদ্গীতানসু য়াবিবনি।

### শ্লোক ৩৬

**কুর্ব্বাণা যত্র কর্ম্মাণি ভগবচ্ছিক্ষয়াঽসকৃৎ।**
**গৃণন্তি গুণনামানি কৃষ্ণস্যানুস্মরন্তি চ॥ ৩৬॥**

### শব্দার্থ

কুর্ব্বাণাঃ—থবক তৌবশিং; যত্র—মতমদুদা; কর্ম্মাণি—থবকশিং; ভগবৎ-শিক্ষয়া—ভগবান্না তম্বীবা মতুং ইন্না; অসকৃৎ—তৎত্তনা; গৃণন্তি—লৌই; গুণনামানি—গুণ অমসুং মিং ময়াম; কৃষ্ণস্য—কৃষ্ণগী; অনুস্মরন্তি—তত্তনা নীঙশিংই; চ—অমসুং।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

**পরমেশ্বর ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী য়াথং মতুং ইন্না থৌ পাঙথোকপা মতমদা মীওইবশিংনা ইতৎ তত্তনা ভগবান্বু, মাগী কোলোইশিং অমসুং মগুণশিংবু নীঙশিংই।**

নৈনরোল

খঙ-হৈবা ভগবদ্ভক্তিদি হন্দক মপোক্কী নৎত্রগা হয়েংমুক মপোক্কী থবক জাৎ পুন্নমক তৌবদা ভগবান্গী কোলোই মিংলেন, যশঃ, গুণ তত্তনা নীঙশিংবা ঙম্নবা পুন্সি মরেল অমা চৎপা ঙম্মী। ভগবদগীতাদা তরংনা য়াওরি ভগবান্গী য়াথং (শিক্ষা), মতুদি—পুন্সিগী কর্ম্মক্ষেত্র খুদিংমক্তা মীওইবনা ভগবান্গীদমক্তা ওইনা থবক তৌগদবনি। পুন্সিগী থবক মফম খুদিংদা ভগবান্বু মপু ওইনা থমগদবনি। বৈদিক অর্চ্চা-পূজাগী বিধি মতুং ইন্না ইন্দ্র, ব্রহ্মা, সরস্বতী অমসুং গণেশ খোয়গুম্বা দেবতা (লাইশিং) খরবু পূজা তৌবা মতমদা পূজাতুদা শ্রীবিষ্ণুবু 'যজ্ঞেশ্বর' হায়বদি তৌন্নি-তৌন্নিবা যজ্ঞতুগী ঈশ্বর (মপু) ওইনা পূজা তৌগদবনি হায়বসি মফম মতম পুন্নমক্কী নিয়ম ওইনা লৈন্নিবনি। করিগুম্বা থোইদোকপা মরম কান্নবা অমগীদমক 'দেবতা' (লাই) থোইদোকপা অমবু পূজা তৌগদবনি হায়রি। অতুবু পূজাতু মপুঙ ফাননবা শ্রীবিষ্ণুবু পূজা তৌদবা শুকয়া য়াদে।

বৈদিক কর্ম্মশিংসি নত্তবা ঐখোয়গী নিতিগী তৌরিবা থবক্তা (খুদমগী মশক ওইনা, য়ুমগী থবক থনাদা, লল্লোন-ইতিক্রুচিংবা শিল্পমশিংদা) ঐখোয়না তৌবা থবকশিংগী ফলশিংতু পরম ভোক্তা (মহৈতু চারিবা মকোক) শ্রীকৃষ্ণদা কথোক্কদবনি হায়বসি ঐখোয়না লৌদবা য়াদে। ভগবদগীতাদা শ্রীভগবান্না মশামকপু পোৎ খুদিংমক্কী পরম ভোক্তানি, গ্রহলোক খুদিংমক্কী মপু মকোক্নি অতুগা জীব পুন্নমক্কী পরম সুহৃৎনি (মরূপ মকোক্নি) হায়না লাউথোকখ্রে। ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণ নত্তনা মাগী সৃষ্টিগী মনুঙদা কনামতনা মপু (প্রভূ) নত্তে। বিশুদ্ধ ভক্তদি রাফমসি তত্তনা নীংশিংই, অতুগা অতুম্না নীংশিংবদা ভগবান্ মিং, মিংচৎ অমদি গুণশিংতু হনজন হনজন শকশোল্লি। মতুগী অর্থদি মহাক ভগবান্গা তত্তনা শম্নরে হায়বনি। ভগবান্দি মাগী মিং অমদি মিংচৎকা অমতনি (খেন্নবা লৈতে); মরমতুনা মাগী মিং মিংচৎনচিংবগা তৎতনা লোয়ন্নবা হায়বগী অর্থদি তশেংনমক ভগবান্গা লোয়নবা হায়বনি।

ঐখোয়গী শেন্দানগী অয়াম্বা শরুক, হায়বদি তংখায় অমদি, শ্রীকৃষ্ণগী য়াথং পাঙথোকপদা শীজিন্নগদবনি। মরমসিগীদমক ঐখোয়গী শেন্দানদা য়াওরিবা শেন্দোং শীজিন্নবদা নত্তনা ভক্তি ধর্ম্মসি অতৈদা শন্দোক্নবসু থৌরাং তৌগদবনি, মরমদি মতুসু শ্রীভগবান্গী য়াথং অমনি। ভগবান্গী মিং অমসুং মিংচৎপু জগৎ পুম্বদা শন্দোক্নবা মতম পুম্বদা তৌরিবা মহাক্তুদগী হেন্না মুংশিবা অমা লৈতে হায়না ভগবান্না চপ চানা হায়রিবনি। প্রাকৃত জগৎকী বিজ্ঞান্না পুথোরক্লিবা পোৎ পুন্নমকসি ভগবান্গী য়াথং পাঙথোক্নবা তৌবদা চপ মান্নন। শীজিন্নবা য়াই। মহাক্কী ভক্তলক্তা ভগবদগীতাগী বাণীসে শন্দোকপা মহাক পাম্মী। অতুম্নদি ওইরগা তপ, দান, শিক্ষানচিংবা লৈতবা মীতালক্তদি শন্দোকহন্নিংদে। মরমসিনা ভক্ত ওইনীংদবা মীতাশিংবু ভক্ত ওইহন্নবা হোৎনবা তাই। মসিগী মতাঙদা থবক কন্নম্না পাঙথোক্কদগে হায়বতুগী শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা ইচম চম্বা মওং অমা তাকপিরম্মী। ঈশৈ শক্তুনা জগোই শাতুনা অতুগা প্রসাদী য়েন্দুনা ভগবান্গী দিব্য-বাণী প্রচার তৌবগী পরাতু মহাক্না ত্তম্বীরম্মী। মতৌ অসুম তৌরদা ঐখোয়গী শেন্দানগী তংখাই অমা থবকসিগীদমক শীজিন্নগদবনি। খৎন-চৈনবা অমদি পুকচেল খোয়জেল তিন্নদবা লৈখা-তারবা য়ুগ অসিদা, শ্রীচৈতন্য

মহাপ্রভুনা তাকপিরম্বা মতুং ইন্না সমাজগী লমৈবা অমদি লুচিংবশিংনা মখোয় মখোয়গী শেন্দান তংখাই অমা ভগবানগী সেবাদা শীজন্নবা হায়বসিদা য়ারবদি কাং-খোং চাইরবা নরক লমসিবু ভগবানগী দিব্য ধাম ওইহনবা য়াবদি শুকশোয় শোয়দ্রবনি। ঈশৈ শকপা, জগোয় শাবা, অমদি প্রসাদ খুনবনচিংবা য়াওবা থবক্তা য়াওনীংদবা কনাসু লৈরোই। অসিগুম্বা থবক্তা মী খুদিংমক য়াওগনি, অদুগা মী খুদিংমক্তা থবক থবক অদুদা ভগবান য়াওরিবনি হায়না মপুক্লিংদা থুক লাউবা অমা পোকনি। মসিতনা য়াওরিবা ভাবুক্তা ভগবানগা সঙ্গ তৌবদা মতেঙ ওইগনি অমসুং মদুম তৌদুনা মথন্তবু শুদ্ধ তৌরগা (শেংদোক্লগা) আধ্যাত্মিক উপলব্ধি অমা তৌগনি। অসিগুম্বা পারামর্থিক কর্ম্মবু মহৈ য়াম্না তৌনবগী চওগদবা ফীভমদি সংসারগী অপাম্বা লৈত্রবা সকাম কর্ম্ম থাদোক্লবা অদুগা ভগবানগী স্বরূপকী মরমদা চগংনবা তর্ক তৌদবা শুদ্ধ ভক্ত অমনা লুচিংলগা তৌবা অদুনি। ভগবানগী স্বরূপ অদুবু নৌনা অমুক কনামতনা পুথোকদবা নত্তে। মদুদি হায়বনা ভগবদ্গীতাদা থোইদোকপা অমা ওইনা অদুগা অতৈ বৈদিক গ্রন্থশিংদা সাধারণ ওইনা ভগবান্মক্তা হায়দুনা লৈরিবনি। মদু ঐখোয়না অমতা চিংথদনা তৌরগা লোইবে অমসুং ভগবান্গী য়াথংশিংদু ইল্লগা লোইবে। মদুনা ঐখোয়বু থবক মপুঙ ফানা পাঙথোকপগী লম্বীদা পুবিগনি। মী খুদিংমক মাগী মাগী লৈরিবা মফমদুদা অদুম লৈবা যাগনি। কনামতনা মাগী লৈরিবা মফমদু (*position*)দু হোংদোকদবা নত্তে; থোইদোক হেন্দোরা খুদোং চাদবা মথল কয়াগী য়ুগ অসিদা হোংদোকপা কান্নদে। তৌগদবা হায়বদু ভগবান্গা অমতনি হায়দুনা পান্দম ওইরিবা চগংনবা জ্ঞানমার্গগী শাজংতু থাদোকপা তাই। অসিগুম্বা গুক কনবগী নাপল অরাংবা থাদোক্লবা তুংদা য়াম্না নোক্লুক্তা ভগবদ্গীতাদা নংত্রগা ভাগবতমদা যাওবিবা ভগবান্গী য়াথংশিংসে মথক্তা পনগ্রবা গুণশিংবু চেপ্লিবা মতিক চাবা শুদ্ধ ভক্তগী চৌনবাম্বোংদগী লোগদবা ওই। মদুনা থবক খুদিংমকপু মহৈ য়ালহনগনি হায়বসিদা কবিমতা চিংননঙাই লৈতে।

শ্লোক ৩৭

**ওঁ নমো ভগবতে তুভ্যং বাসুদেবায় ধীমহি।**
**প্রদ্যুম্নায়ানিরুদ্ধায় নমঃ সঙ্কর্ষণায় চ ॥৩৭॥**

শব্দার্থ

ওঁ—ভগবানগী যশ গুণ শোনবগী খুদম প্রণব; নমঃ খুকমজৈ; ভগবতে—ভগবানদা; তুভ্যম্—নঙোন্দা; বাসুদেবায়—বাসুদেবদা বসুদেবগী মচানুপাদা, ধীমহি—ঐখোয় শোনসি, ধ্যান তৌই, প্রদ্যুম্নায, অনিরুদ্ধায, সঙ্কর্ষণায়—বাসুদেবগী কাযব্যূহ, মাগী বিলাস; নমঃ—খুরুম্বা, চ—অমসু।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রণবগী মশক ওইবা হে শ্রীকৃষ্ণ, নহাক প্রণব-নি, নহাক বাসুদেব, সঙ্কর্ষণ, প্রদ্যুম্ন অমসুং অনিরুদ্ধনি—ব্যূহ মরিগী শকক্তম ওইবা নঙনি; নঙবু পুক্নীংনা খুরুমজরি অমসুং ধ্যান তৌজরি।

নৈনরোল

পঞ্চরাত্রগী মতুং ইন্না নারায়ণদি ভগবানগী বিলাস পুম্নমক্কী আদি কারণ-নি। মখোয়দি বাসুদেব, সঙ্কর্ষণ, প্রদ্যুম্ন অমসুং অনিরুদ্ধ অসিনি। বাসুদেবগা সঙ্কর্ষণগনা ময়ায়গী ওইদা অমসুং

য়েংতা লৈ, প্রদ্যুম্ননা সঙ্কর্ষণগী য়েংতা অদুগা অনিরুদ্ধনা বাসুদেবগী ওইদা; মতৌ অসুম্না লাই মরিসি লৈ। মখোয় মরিসি ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী চতুর্ব্যূহ [চতুঃ—মরি, ব্যূহ—খোগল (aide-de-camp) হায়না খঙনৈ।

শ্লোক অসি ওঁকার প্রণব না হৌবা বেদিক মন্ত্র নি। মতৌ অসুম্না মন্ত্রসি ওঁ নমঃ ধীমহি-নচিংবা হাপতুনা ছন্দ য়াওনা শোনবা য়ানবা লেংবনি।

না হায়ববু কর্ম্মকাণ্ডদা খঙদে জ্ঞান কাণ্ডদা খঙদে তৌরিবা থবক অমনা ভগবানবু উপলব্ধি তৌবগীদমক্তা নংত্রবদি থবক অদো করিমতা কান্নদে হায়না লৌই। মরমদুনা নারদজীনা মশামক্তা ফংলকপা মতুং ইন্না ভক্তিযোগগী থবক্তা ভগবানগা জীবগা অনিগী সম্বন্ধ করম্না হেনগংহনগদগে হায়বগী মতাঙদা বিশুদ্ধ ভক্তিযোগগী মতৌ অদু শুগাইনা তাক্লিবনি। ভগবানদা লৈবা ভক্তিনা মথং মথং হেনগৎলক্লুনা মমৈদা ভগবানবু মুংশিনা সেবা তৌবা হায়বদু ফংঙী, মসিবু 'প্রেম' কৌই; প্রেমসি মখল মখাগী রসদা (মহাওদা) উংলি। অসিগুম্বা প্রেম সেবাসে কর্ম্মগসু জ্ঞানগসু তিন্নরগা তৌবা য়াওই।

গুরুগী কৃপাদগী সূত গোস্বামীনা ফংখিবা রহস্যগী (অথুপ্পা রাফমগী) মতাঙদা শৌনকনচিংবা মহর্ষিশিংনা হংখিবা বাহংগী পাওখুমদো হৌজিক ময়েক কুপ্পা হুমদোইগী মন্ত্রদু শ্লোকসিদা শোন্দুনা ব্যাখ্যা তৌরি। মন্ত্রসি শোল্লগা লাই মরিদা হায়বদি চতুর্ব্যূহগা কোন্ননা ভগবানদা কংলি। মযায় লেপ্পা মূর্ত্তিনা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনি মরমদি বিলাসশিংহুদা মাগী ব্যূহনি (খোগলনি)। উপদেশ অসিগী রহস্যদি অসিনি মতুদি—মীওইবনা বাসুদেব, সঙ্কর্ষণ, প্রদ্যুম্ন অমসুং অনিরুদ্ধ হায়বা চতুর্ব্যূহগা লোয়ননা পরমেশ্বর ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী যশঃ গুণ শক শোন্দুনা নীংশিংগদবনি। চতুর্ব্যূহসি অদ্বৈত তত্বগী আদি-দেব ওাক্তনি হায়বদি বিষ্ণুতত্ত্ব নংত্রগা শক্তিতত্ত্ব ওাক্তনি।

শ্লোক ৩৮

**ইতি মূর্ত্ত্যভিধানেন মন্ত্রমূর্ত্তিমমূর্ত্তিকম্।**
**যজতে যজ্ঞপুরুষং স সম্যগ্দর্শনঃ পুমান্ ॥ ৩৮ ॥**

শব্দার্থ

ইতি—অসুম্না; মূর্ত্তি—শক; অভিধানেন—মিংনা; মন্ত্রমূর্ত্তিম্—মন্ত্রগী মশকপু; অমূর্ত্তিকম্—প্রাকৃত মূর্ত্তি নঙবা ভগবানবু; যজতে—পূজা তৌই; যজ্ঞপুরুষম্—বিষ্ণু ভগবানবু; সঃ—মহাক; সম্যগ্—মপূঙ ফানা; দর্শনঃ—ঙাউবা মী; (সম্যগ্দর্শনঃ—পূঙঙ্ -উবা মী); পুমান্—মী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

বাসুদেবনচিংবা মূর্ত্তি মরিগী মমিংনা ওইবা মন্ত্রসি শোন্দুনা মন্ত্রদুনা হায়রিবা প্রাকৃত মূর্ত্তি নত্তবা হায়বদি চিন্ময় মূর্ত্তি ওইবা যজ্ঞেশ্বর বিষ্ণুবু পুজা তৌরিবা মীদো পূঙঙ্ -উবা মীনি।

নৈনরোল

ঐখোয়গী হৌজিক লৈরিবা ইন্দ্রিয়শিংসে প্রকৃতিগী মচাক্লা শাবনি। অদুনা মখোয়সি মপূঙ ফাবদা য়াংপা মরম্না মখোয়না বিষ্ণুগী চিন্ময় ওইবা শকফম্বু উপলব্ধি তৌবা ঙমদে। মরমসিনা বিষ্ণুদুবু মন্ত্র শোন্দুনা খোকপা খোম্থোক্লা পুজা তৌই। ঐখোয়গী মপূঙ ফাদবা ইন্দ্রিয়শিংসিনা ফংবা

ঙমদবা পোৎতাদু মন্ত্রগী খোঙ্গোল্লা তেংবাংবনা মপুঙ ফানা ফংবা (উপলব্ধি তৌবা) ওন্মী। লাপথ্রবা লম অমদগী খোন খোকহল্লক্লিবা মীতুবু খঙবা ওয়ে। প্রাকৃত ওইবা অসিনা ওইথোক্লবদি দিবা চিন্ময় ওইনদি করিগী ওইথোক্লোই? হায়রিবা মখঙ (অভিজ্ঞতাসি) মশেং মরাংবা নির্বিশেষ অভিজ্ঞতা নত্তে। মসি সৎ-চিৎ-আনন্দ-ওইবা পরমেশ্বর ভগবানবু চিন্ময় ওইনা খঙবা মখঙনি (experience অভিজ্ঞতানি)।

সংস্কৃত অভিধান অমরকোষ হায়বদুদা 'মূর্ত্তি' শব্দগী অর্থ অনি পীরি, মদুদি মওং অমসুং অৱাবা হায়বসিনি। মরমদুনা আচার্য্য শ্রীবিশ্বনাথ চক্রবর্ত্তীনা 'অমূর্ত্তিকম্' গী অর্থদি 'অৱাবা য়াওদবা' হায়বনি হায়না ব্যাখ্যা তৌরি। সৎ-চিৎ-আনন্দগী দিব্য রূপ অদুবুদি ঐথোয়গী আদিগী চিন্ময় ইন্দ্রিয়শিংদনা উপলব্ধি তৌগনি। চিন্ময় ইন্দ্রিয়শিংবু অশেংবা মন্ত্র শোল্লগা হিংগৎহনবা য়ানি। অসিগুম্বা মন্ত্রগী শব্দসি মতীক চাবা গুরুদগী লৌগদবনি। মন্ত্র বরম্না শোনগদগে হায়বদো গুরুনা তাকপা মতুং ইন্না শোনগদবনি। মন্ত্র শোনবদুনা ঐখে য়বু অসুম অসুম ভগবান্গী নাক্তা চঙশন-হনগদৌরিবনি। অসিগুম্বা পূজা মতৌসি ময়াম্না খঙলবা অমসুং অখঙ অহৈশিংনা চৎননবা য়াথং পীরবা পাঞ্চরাত্রিক বিধিনি। পাঞ্চরাত্রিক বিধিসিদা খ্বাইদগী হেন্না য়াববা ভক্তিযোগগী নিয়ম সূত্র য়াওরে। অসিগুম্বা নিয়ম সূত্রগী মতেং নত্তনদি কনাগুম্বা অমতনা ভগবানগী নাক য়ৌবা ঙম্মোই; চগংনবা দার্শনিক কল্পনা শাগৎপনা য়ৌবা তশেংনা ঙম্মোই। পাঞ্চরাত্রিক মত অসিদি থবক ওইনা চৎনবা য়াই অদুগা ক লি যুগ অসিগা চুনবা অগনি। আধুনিক যুগসিগীদি বেদান্তদগী পঞ্চরাত্রগীনা মমল হেল্লি।

শ্লোক ৩৯

**ইমং স্বনিগমং ব্রহ্মন্নবেত্য মদনুষ্ঠিতম্।**
**অদান্মে জ্ঞানমৈশ্বর্য্যং স্বস্মিন্ ভাবং চ কেশবঃ॥ ৩৯॥**

শব্দার্থ

ইমম্—অসুম্না; স্ব-নিগমম্—মশামক্কী (ভগবানমক্কী) পাওতাক (উপদেশ); ব্রহ্মন্—হে ব্রাহ্মণ; (ব্যাসদেব); অবেত্য—নীঙথিনা খঙলদুনা; মৎ—ঐনা; অনুষ্ঠিতম্—তৌবা; (মৎ-অনুষ্ঠিতম্—ঐনা তৌবা); অদাৎ—পীরম্মী; মে-ঐঙোন্দা; জ্ঞানম—ঈশ্বর খঙবা: ঐশ্বর্য্যম্—(ভক্তিযোগ হায়বা) লল্; স্বস্মিন্--মশাদা লৈবা; ভাবম—প্রেম (নুংশিবা); চ—অমসুং; কেশবঃ—ভগবান কৃষ্ণ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে ব্রাহ্মণ (ব্যাসদেব), মহুৎগী ওইবা বেদগী পাওমেল অদু ঐনা ঙাক্লে হায়বা খঙদদুনা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা ঐঙোন্দা মহাকপু খঙবা হায়বা জ্ঞান অদু অমসুং (অনিমানচিংবা) ঐশ্বর্য্য, অদুগী মতুংদা মখোয়দু ঐনা হককচিল্লা পামজ্রবদা মাগী প্রেম (মাবু নুংশিবা) হায়বদো পীবিরম্মী।

নৈনরোল

মন্ত্র শোন্দুনা ভগবানগা রা-ভাঙনবা হায়বসে আত্মা মপুম ভগবান শ্রীকৃষ্ণদগী তোঙানবা নত্তে। মসি ভগবানগী নাক য়ৌবগী মপুঙ ফাবা উপায়নি। অসুম্না ভগবানগা শম্নরগা অপরাধ (মখল তরাগী) অমফাওবা তৌত্রবদি ভক্তনা প্রাকৃত লোক-তগী কাদুনা বেদগী মমুং হনজনবা অর্থ অদুগা

ভগবান্না মাগী পরমধামদা লৈবগী য়াদ্ধু খঙবা ঙমগনি। ভক্ত অমনা মাগী গুরুবু অমসুং ভগবানবু হন্দোকপা নাইদবমথৈ থাজরবদি মাগী মফমদা ভগবান্না মশক মথং মথং উৎপিরকই। অসিগী তুংদা ভক্তদা যৌগিক ঐশ্বর্য্য নিপাল অদু পীনবি। অদু পুন্নমক্তী মথক্তা ভক্তদুবু মাগী পার্ষদ মন্নুঙদা লৌশনবী অদুগা গুরুগা লোয়ননা ভগবানগী সেবা মখল অমা মঙোন্দা শিন্নৈ। বিশুদ্ধ ভক্তদি মশাসুংদা তুমিন্না লৈবা যৌগিক শক্তিশিংদু (সিদ্ধিশিংদু) উৎপবুদি ভগবানগী সেবা তৌবনা হেন্না পামজে। শ্রীনারদনা অসি পুন্নমক মশামক্না তৌদুনা খঙলকপদুনা ব্যাসগী মফমদা তাক্লিবনি। ভগবানগী মন্ত্রসি চন্না শোল্লগা মী খুদিংনা শ্রীনারদনা ফংখিবা খুদোংচাবশিংসে ফংগনি। মন্ত্রসি মী খুদিংনা শোনবা য়াই, তৌবদবু মন্ত্রসি লৌবদি পরম্পরা ওইনা লাকপা শ্রীনারদগী প্রতিনিধি অমদগী লৌগদবনি।

### শ্লোক ৪০

**ত্বমপ্যদভ্রশ্রুত বিশ্রুতং বিভোঃ সমাপ্যতে যেন বিদাং বুভুৎসিতম্।**
**প্রখ্যাহি দুঃখৈর্মুহুরর্দ্দিতাত্মনাং সংক্লেশনির্ব্বাণমুশন্তি নান্যথা ॥ ৪০ ॥**

### শব্দার্থ

ত্বাম—নহাক; অপি—সু; অদভ্র—পাক-চাওববা; শ্রুত—বেদ; বিশ্রুতম—নাকোঙনা তারে; বিভোঃ—ভগবান্‌গী; সমাপ্যতে—মপুঙ ফায; যেন—মদুনা; বিদাম্—অখঙবশিংগী; বুভুৎসিতম্—দিব্য জ্ঞান ফংনিঙবা, প্রখ্যাহি—লীবিয়ু; দুঃখৈঃ—অরাবশিংনা; মুহুঃ—মতম পুম্বদা; অর্দ্দিত-আত্মনাম—নৈহংপিরবশিংগী, সংক্লেশ—অবাবা মযাম; নির্ব্বাণম—কোকহনবা; উশন্তি ন—কোক্তে; অন্যথা—অতৈ উপায়না।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মরমদুনা নঙগী পাক-চাওববা বৈদিক জ্ঞানগী মর্তেঙনা খঙলকপা সর্ব্বব্যাপী (পুন্নমক শীন্থুংনা লৈরিবা) শ্রীভগবানগী লীলাশিংদু বর্ণন তৌ, মবমদি মদুনা বিদ্বান-পণ্ডিতশিংগী খৌরাংবা কোকহল্লগনি হাযবদি মখোয়গী খঙনঙাই অদুনা লোইগনি। অমসুং হনজন্ হনজন্ সংসার মৈচাক মখল অদুন্না চারুবা মীওইশিংগী অরাবশিংদু কোকনি। তশেংনমক মৈচাকশিংসি কোরুবা উপায় অমা লৈত্রে।

### নৈনবোল

প্রাকৃত কর্ম্মদগী থোরকপা রা পুন্নমক কোরুবা মরুওইবা পার্ষদি পরমেশ্বর ভগবান্‌গী যশঃ গুণশিংদু পাক-শন্না শন্দোকপনা ওইগনি হাযবসে শ্রীনারদ মুনিনা মানা তৌরগা খঙখিবদুদগী কন্না হাযরিবনি। মী অকবা মখল মরি লৈ অদুগা ফত্তবসু মরি লৈ। অকবা মীগী মখল মরিদুনা পরমেশ্বর ভগবান্‌না লোইনমক্তী মপুনি হায়বা য়াই, মরমসিনা অকবা মীতাশিংসিনা ১) মখোয়না অবাবদা তারবা মতমদা, ২) মখোয়না শেল চিন্নবা মতমদা, ৩) মখোয়না জ্ঞান য়াম্না ফংলবদা অদুগা ৪) মখোয়না ভগবান্‌গী মরমদা হেন্না হেন্না খঙথনবা খৌরাংলবা মতমদা মখোয়না মপুক্লীংনা ভগবান্‌দা চঙজে। ফত্তৌ অসুম তৌবসিনা শ্রীব্যাসদেবনা ফংলবা বৈদিক জ্ঞানগী মতুং ইন্না ভগবান্‌গী দিব্য জ্ঞান অদু ময়ামদা শন্দোক্লবা শ্রীনারদনা মঙোন্দা পাওমেল্লম্মী।

ফত্তবা মীশিংগী বা হায়রগম্নু, মখোয় মখল মরিগীনি— ১) অসুম তৌথদ্বনা লৈবা সকাম কর্ম্মদা লূপ্পবা অদুগা থবকশিংদুগী শাগোম্নবা অরাবশিং ফংলিবা মীতা মখল অমা, ২) ইন্দ্রিয় পেম্নবগীদমক পাপকী থবক্তা লূপ্পবা অদুগা লূপ্পগী মতীক মহৈ চারিবা মীতা মখল অমা, ৩) প্রাকৃত জ্ঞান লৈবদদি য়াম্মা চাওথংলবা অদুগা ভগবান্না মপুনি হায়বদু খণ্ডদতুনা অরাবা ফংলিবা মীতা মখল অমা, অদুগা ৪) নাস্তিক (ঈশ্বর অমসুং শাস্ত্রবু থাজদবা) হায়না খণ্ডনবা অদুগা মরমদুনা মখোয় মতম পুম্নমক্তা অরাবা ফংলবনু তৌগে হায়বা অমা য়াওনা ঈশ্বরগী মিংনিত্তবু হায়রবদি য়েংথিবা মীতা মখল অমা।

অফবা ফত্তবা মীতা মখল নিপালসিগী য়াইফনবা হায়দুনা ভগবান্গী যশঃ গুণ বর্ণনা তৌ হায়না শ্রীনারদজীনা ব্যাসদেবদা পাওতাকখি। মরমদুনা শ্রীমদ্ভাগবত খোইদোকপা মীতা জাৎকী নত্রগা খোইদোকপা ধর্ম্ম সম্প্রদায়গীদমক নত্তে। মসিদি কনাগুম্বনা মরম্মাই য়াইফনবা অমসুং পুক্নীং লৈতাবা [শান্তি] তশেংনা পাম্নবা অদুগুম্বা পুকচেল শেংবা মী খুদিংগীনি।

অসুম্মা ব্রহ্মসূত্রভাষ্য শ্রীমদ্ভাগবতম্গী অহানবা স্কন্দদা ব্যাস নারদ সংবাদঃ কৌবা মঙাশুবা অধ্যায়গী ভক্তিবেদান্ত নৈনরোল লোইরে।

# তরূকগুবা অধ্যায়

## ব্যাস নারদ সংবাদ

শ্লোক ১

**সূত উবাচ**

**এবং নিশম্য ভগবান্ দেবর্ষের্জন্ম কর্ম্ম চ।**
**ভূয়ঃ পপ্রচ্ছ তং ব্রহ্মন্ ব্যাসঃ সত্যবতী সুতঃ ॥ ১॥**

শব্দার্থ

সূতঃ উবাচ—সূতনা হায়খি; এবম্—অসুম্না; নিশম্য- নাকোঙনা তাহুনা; ভগবান্—ভগবান্গী শক্তি চেনবা অবতার; দেবর্ষেঃ—দেবলক্তা ঋষি ওইবা মহাক্কী; জন্ম- পোকপা; কর্ম্ম—থবক; চ—অমসুং; ভূয়ঃ—অমূক হন্না; পপ্রচ্ছ—হংখি; তম্—মঙোন্দা; ব্রহ্মন্—হে ব্রাহ্মণশিং; ব্যাসঃ—ব্যাসদেবনা; সত্যবতীসুতঃ—সত্যবতীগী মচামুপা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সূতনা হায়রম্মী—হে ব্রাহ্মণশিং; শ্রীনারদগী পোকপা অমসুং তৌখিবা থবকশিংগী বারী মনাকোঙনা অসুম্না তারগা ভগবান্গী অবতার ওইবা অমসুং সত্যবতীগী মচানুংঙো ব্যাসদেবনা অমূক হংখি।

নৈনরোল

নারদজীনা সিদ্ধি যংখিবগী মরমদা মথা-তানা খঙনীংলম্মী, মরমহুনা মাগী মরম ব্যাসনা থোইনা হেন্না খঙনীঙঙী। নারদজীনা ভগবান্গা কায়নবগী বাখন্দা থবাই য়াম্না শোক্না লুপ্লিঙৈদা মহাক্না ভগবানগা মতেক অমতং বা ঙাঙনখিবহু অধ্যায়সিদা মহাক্না লীগদৌরি।

শ্লোক ২

**ব্যাস উবাচ**

**ভিক্ষুভির্বিপ্রবসিতে বিজ্ঞানাদেষ্টৃভিস্তব।**
**বর্ত্তমানো বয়স্যাদ্যে ততঃ কিমকরোদ্ভবান্ ॥ ২॥**

শব্দার্থ

ব্যাসঃ উবাচ—শ্রীব্যাসদেবনা হায়রম্মী; ভিক্ষুভিঃ—পরিব্রাজকশিংনা (কোয়না চৎপশিংনা); বিপ্রবসিতে—লম অতৈদা চৎপ্রবদা; বিজ্ঞান—তত্বজ্ঞান; আদেষ্টৃভিঃ—পাওতাক্লুম্বশিংনা; তব—নহাক্কী; বর্ত্তমানঃ—লৈহুনা; বয়সি—পুন্সিগী চহি মতাঙদা; আদ্যে—হৌভিঙৈগী মমাঙদা; ততঃ—অদুগী তুংদা; কিম্—করি; অকরোৎ—তৌরম্মী; ভবান্—অদোম।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

**শ্রীব্যাসদেবনা হায়রম্মী—অদোমগী ( নারদগী ) হন্দকী মপোক হৌদ্রিঙৈগী মমাঙদা তত্ত্বজ্ঞান তারুম্বা পরিব্রাজক ঋষিশিংহুনা চৎপ্রবা মতুংদা অদোম্না করি তৌরম্মী ?**

নৈনরোল

ব্যাসদেব মশামক নারদজীগী শিষ্যনি, মরমহুনা নারদনা দীক্ষা গুরুশিংদগী দীক্ষা লৌরবা মতুংদা করি তৌরম্বগে হায়বহু ব্যাসদেবনা শ্রবণ তৌনিংলম্বহু হৌনশানি। পুন্সিগী সিদ্ধি অহুমকী থাক য়েনা ফংননবা শ্রীনারদগী খুছুং ব্যাসনা ইন্নিংখি। গুরুদা অম্মুম্না হংনীঙবসি পরমার্থগী মায়কৈদা চাওখৎ খোঙথাঙ থাংনবগী তৌদবা য়াত্রবা থবক অমনি। অসিগুম্বা থৌওংবু সদ্-ধর্ম্ম-পৃচ্ছা (অওইবা ধর্ম্ম হংবা) হায়না খঙৈ।

শ্লোক ৩

**স্বায়ম্ভুব কয়া বৃত্ত্যা বর্ত্তিতং তে পরং বয়ঃ।**
**কথং চেদমুদস্রাক্ষীঃ কালে প্রাপ্তে কলেবরম্॥ ৩॥**

শব্দার্থ

স্বায়ম্ভুব—হে ব্রহ্মাগী মচাবুংঙো; কয়া—করি; বৃত্ত্যা—থবক্তা; বর্ত্তিতম্—লেনখিবা; তে—নঙগী; পরম্—দীক্ষা লৌবা মতুংগী; বয়ঃ—পুন্সি মতাঙ; কথম—করম্না; চ—অমসুং; ইদম্—মসি; উদস্রাক্ষীঃ—থাদোকখি; কালে—মতম; প্রাপ্তে—য়ৌরবদা; কলেবরম্—হকচাঙ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে ব্রহ্মাগী মচাবুংঙো, দীক্ষাগী মতুংদা নপুন্সি করম্না লেনখি, অহুগা মতম লাক্লহুনা হকচাঙ হান্নগীহু করম্না থাদোকখি?

নৈনরোল

শ্রীনারদ মুনিদো নহাক্সুকী মপোক্তা মীনাইমুবী অচম্বী অমগী মচানুপা ওইরম্মী, মরমহুনা মহাক্না সচ্চিদানন্দময় ওইবা দেহ ফংখিবনো হায়বদো মরু ওইবা বাকম অমনি। মহুগী বাশিংদো নারদনা কোঙদোকপহু ব্যাসদেবনা পাম্নম্মী। মরমদি মী খুদিংমকী পেন্নবা ওইগনি।

শ্লোক ৪

**প্রাক্কল্পবিষয়ামেতাং স্মৃতিং তে মুনিসত্তম।**
**ন হ্যেষ ব্যবধাৎ কাল এষ সর্ব্বনিরাকৃতিঃ॥ ৪॥**

শব্দার্থ

প্রাক্—মমাঙ; কল্প—ব্রহ্মাগী নুমিৎ; বিষয়াম্—হীরম; এতাম্—অহু; স্মৃতিম্—নীঙশিংবা; তে—নঙগী; মুনিসত্তম—হে মুনি অথোইবা; ন—নত্তে; হি—লেপ্পক; এষঃ—মসি; ব্যবধাৎ—খেন্নবনা; কালঃ—মতমগী খোঙচৎ; এষঃ—মসি; সর্ব্ব—পুম্নমক; নিরাকৃতিঃ—মাঙহনবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে মুনি অথোইবা, মতম্না পোং পুন্নমক মাঙহল্লী; মরমহুনা ব্রহ্মাগী মুমিং হায়বদি করম অমগী মমাঙদা থোকখিবা হীরমসিবু মতৌ করম্না নহাক্না ইনৌ নৌনা নীঙশিংলিবনো ?

নৈনরোল

প্রাকৃত দেহনা তুমগ্রবা মতুংদফাওবা আত্মাদি মাঙদবনিনা আত্মানা খঙলিবদো মাঙদে। আত্মানা খঙলিবসে শ্রীনারদনা মমাঙগী কল্পদা প্রাকৃত দেহ লৈরিঙৈদা খঙখিবনি। প্রাকৃত দেহনা খঙবা হায়বগী অর্থদি আত্মানা খঙবহু প্রাকৃত দেহনা থোঙ ওইরগা ফোঙদোরকপা মখঙনি। দেহনা খঙবদি হুম্ববা জাত্রাগীনি, মাঙবা নাই অদুগা ওন্নতৈনবনি। অদুগা মহান্ চিত্তগী মহৎচেতনাদি (খঙবদি) আত্মাগুম্না অদুম লৈ, মাঙবা নাইদে।

শ্লোক ৫

**নারদ উবাচ**
**ভিক্ষুভির্বিপ্রবসিতে বিজ্ঞানাদেষ্টৃভির্মম।**
**বর্ত্তমানো বয়স্যাদ্যে তত এতদকারষম্ ॥ ৫ ॥**

শব্দার্থ

নারদঃ উবাচ—শ্রীনারদনা হায়রম্মী; ভিক্ষুভিঃ—পরিব্রাজকশিংনা (কোয়না চৎপশিংনা); প্রবসিতে —অতৈ লমগীদমক শান্থ্রবদা; বিজ্ঞান—তত্ত্বজ্ঞান; আদেষ্টৃভিঃ—এঁঙোন্দা পীরম্বা মীশিংনা; মম্—এঁগী; বর্ত্তমানঃ—হৌজিক ওইরিবা; বয়সি আদ্যে—পুন্সিসিগী মমাঙদা; ততঃ—অদুগী তুংদা; এতৎ—মসিখক; অকারষম্—তৌরম্মী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীনারদনা হায়রম্মী- এঁঙোন্দা ভাগবৎ-জ্ঞান তাকপিরম্বা মহর্ষিশিংহুনা মফম অতৈদা শান্থ্রবদা এঁনা এঁগী পুন্সিদো মতৌ অসুম্না লেন্খি।

নৈনরোল

নহালমুক্কী মপোক্তা শ্রীনারদজিহু চহী মঙাদা ঙায়রিবা অঙাঙ অমা ওইরবসু, মহর্ষিশিংহুগী কৃপাদগী ভগবৎ-জ্ঞান ফংবদগীদি মহাক্কী মশাদা অহোংবা অমা লাকখি। সৎগুরু অমনা দীক্ষা পীরবা মতুংদা ময়াম্না উনরিবা মরুওইবা লক্ষণ অদুনি মাগী অহোংবসি। ভক্তগা অশেঙবা সঙ্গ তৌবনা আত্মা-উপলব্ধি ফংমবগীদমক পুন্সিদা অহোংবা অমা থুনা থোকল্লী। সঙ্গ কলহুনা শ্রীনারদ মুনিগী হৌখিবা পুন্সিদা করম তৌখি হায়বহু অধ্যায়সিদা মথং মথং বর্ণন্ তৌরি।

শ্লোক ৬

**একাত্মজা মে জননী যোষিন্মূঢ়া চ কিঙ্করী।**
**মধ্যাত্মজেহনন্যগতৌ চক্রে স্নেহানুবন্ধনম্ ॥ ৬ ॥**

### শব্দার্থ

এক-আত্মজা—মচানুপা অমতং পোকচবী; মে—ঐগী; জননী—অপোকপী; যোষিৎ—নুপী; মূঢ়া—অপঙবী; চ—অমসুং; কিঙ্করী—মীনাই-নুবী; ময়ি—ঐঙোন্দা; আত্মজে—মচা ওইবদা; অনন্যগতৌ—য়েংবিনবা গতি-লৈত্রবদা; চক্রে—তৌরম্মী; স্নেহ-অনুবন্ধনম্—(মচা) নুংশিবনা ওইবা থৌরিনা পুন্‌বা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ঐগী ইমাদো ভূমরোমদা পাঙ্গল-শোন্‌বী নুজাগী জাৎনি, মহৌশানা পঙজে অদুগা মীনাইনুবী অমসু ওইরম্মী, অমরোমদা মচা হায়ববু ঐ ইথন্তনি, মরমদুনা ঐগী গতি অতৈমা লৈতে হায়দুনা ঐবু কাহেন্না নুংশিজরম্মী।

### শ্লোক ৭

**সাম্বতন্ত্রা ন কল্পাসীদ্‌যোগক্ষেমং মমেচ্ছতী।**
**ঈশস্য হি বশে লোকো যোষা দারুময়ী যথা॥ ৭॥**

### শব্দার্থ

সা—মহাক (নুপী); অস্বতন্ত্রা—মীখাপোন্‌বী; ন—নত্তে; কল্পা—ঙম্বী; আসীৎ—ওইরম্মী; (ন কল্পা আসীৎ—ঙম্বী ওইরমদে); যোগ-ফঙঙমদববু ফংবা: ক্ষেমম্—ক্ষঙলববু তুঙশন্‌বা; মম—ঐগী; ইচ্ছতী—পাম্লম্বী; ঈশস্য—লম্‌ইগী; হি—মরম্না; বশে—মখাপোন্‌বা; লোকঃ—মী খুদিংমক; যোষা—হুং; দারুময়ী—উনা শাবা; যথা—অদুগুম্।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাক্কো (ইমাদো) মীখাপোন্‌বী ওইরম্মী; মরমদুনা শেন তান্দুনা তুংশল্লগা ঐবু য়োকপা পাম্লম্বসু ঙমজরমদে। উগী হুংনা মাবু শাম্নবা মীগী মখা পোন্‌বগুম্না জীব খুদিংমক লাইবক-লেপ্পা ঈশ্বরগী মখা পোল্লি।

### শ্লোক ৮

**অহঞ্চ তদ্‌ব্রহ্মকুলে উষিবাংস্তদপেক্ষয়া।**
**দিগ্দেশকালাব্যুৎপন্নো বালকঃ পঞ্চহায়নঃ॥ ৮॥**

### শব্দার্থ

অহং—ঐ; চ—সু; তং—মহু; ব্রহ্মকুলে—ব্রাহ্মণশাগে মরক্তা; উষিবান্—লৈরম্মী; তৎ—মহাকী, অপেক্ষয়া—খাথোংদুনা; দিক্-দেশ—মায়কৈ অমদি লমদম; কাল—মতম; অব্যুৎপন্নঃ—খঙদবা; বালকঃ—নুপামচা; পঞ্চ—মঙা; হায়নঃ—চহী (পঞ্চহায়নঃ—চহীমঙাশুবা অমা)।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ঐনা চহি মঙাদা ঙায়বা নুপামচা অমা ওইরিঙৈদো ব্রাহ্মণশিংগী মরক্তা ঐহাক লৈরম্মী। ঐ ইমাগী মখা পোল্লম্মী অদুগা ঐহাক মায়কৈ-শলাই অমদি মতমগী য়া খঙলমদে।

### শ্লোক ৯

**একদা নির্গতাং গেহাদ্দুহন্তীং নিশি গাং পথি।**
**সর্পোঽদশৎ পদা স্পৃষ্টঃ কৃপণাং কালচোদিতঃ॥ ৯॥**

#### শব্দার্থ

একদা—নোংমদা; নির্গতাম্—থোকখিবীবু; গেহাৎ—য়ুমদগী; দুহন্তীম্—শদোম তৌবগী; নিশি—নুংদাংদা; গাম্—শন; পথি—লম্বীদা; সর্পঃ—লিন্না; অদশৎ—চীক্লমী; পদা—খোঙনা; স্পৃষ্টঃ—শোক্লম্বা, কৃপণাম্—লাইবক-থীবিবু; কালচোদিতঃ—মতম কৌবা লাইছুনা থৌজল্লক্লবা।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নোংমা লাইবক-থীবী ইমাহুনা শন অমগী মখোম শুমগে হায়দুনা নুংদাংদা য়ুমদগী থোকখিবদা লম্বীদা মতম কৌবা লাইনা থৌজল্লক্লবা লিন অমা খোঙনা শোকলুবদগী লিন্দুনা খোঙদা চীকখি।

#### নৈনরোল

মতৌ অসি লাইগী নাক্তা পুকচেল-তিংবা মীবু চিংশনবগী মতৌনি। লাইবক থীবা নুপামচাহুবু নুংশিহৈবী মমাহুতনা য়েংলম্বনি, অদুবু ভগবান্‌গী ইচ্ছানা মাবু ভগবান্‌গী কৃপাদা পুঙশীন শিন্নবা হাযদুনা মমাহুবু লৌশনবিখরে।

### শ্লোক ১০

**তদা তদহমীশস্য ভক্তানাং শমভীপ্সতঃ।**
**অনুগ্রহং মন্যমানঃ প্রাতিষ্ঠং দিশমুত্তরাম্॥ ১০॥**

#### শব্দার্থ

তদা—মতমদুদা; তৎ—মদু; অহম—ঐনা; ঈশস্য—ভগবানগী; ভক্তানাম্—ভক্তশিংগী; শম্—মঙ্গল, য়াইফবা; অভীপ্সতঃ—পাম্লিবা; অনুগ্রহম্—চানবীবা; মন্যমানঃ—অদুম্না খল্দুনা; প্রাতিষ্টম্—খোঙশাল্লমলে; দিশম্-উত্তরাম্—অরাং মায়কৈ তম্না।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতমদুদা মদুবু ঐনা ভক্তশিংগী য়াইফবদা পাম্বা ভগবান্‌না চানবীবা অমনি হায়না লৌখি, মদুম্না খল্লগা ঐহাক অরাং মায়কৈ তম্না খোঙশাল্লমী।

#### নৈনরোল

ভগবান্‌গী অন্তরঙ্গ ওইবা ভক্তশিংনা থৌদোক খুদিংদা ভগবান্‌গী য়াইফ লৌচিং নৈ হায়না উই। মীয়ামনগী অর্থদা লৌরগদি অশুকপা নত্রগা অরাবগী ক্লেনবদি হায়নবদু ভগবান্‌গী থৌদোকপা অচান-অহাইনি হায়না লৌনৈ। মীয়ামনগী চাওখৎপা হায়বদুদি প্রাকৃত রোগ ( লাইনা ) অমনি, ঈশ্বরনা চানবিরবদি প্রাকৃত রোগসিগী মৈশাহু অসুম হুদ্রকই। অদুনা আত্মাগী চাওখৎপা খোঙথাঙ অসুম অসুম ওইখৎলকই। সংসারীশিংনা মসিগী অর্থ শেয়ান্না লৌই।

## শ্লোক ১১

**স্ফীতাঞ্জনপদাংস্তত্র পুরগ্রামব্রজাকরান্।**
**খেটখর্বটবাটীশ্চ বনান্যুপবনানি চ ॥ ১১ ॥**

### শব্দার্থ

স্ফীতন্—য়াম্না চাওখৎলম্বা; জনপদান্—দেশ; তত্র—মফমদুদা; পুর—সহরশিং; গ্রাম—খুল্লং; ব্রজ—শন-শা য়োকফম্; আকরান্—মণিরত্ন থোকফম খোং; খেট—লৌবুক; খর্বট—তম্পাক; বাটীঃ—লৈকোন; চ অমসুং; বনানি—উমং; উপবনানি—উয়োকশং; চ—অমসুং।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ঐনা অরাংপাংনা খোঙশাল্লকপদা চাওখৎলবা দেশ য়য়াম, সহর কোম্মুং কয়া, খুল কয়া, শা-শন য়োকফম কয়া, খোং কয়া, লৌবুক কয়া, তম্পাক কয়া, লৈকোন কয়া, উয়োকফম কয়া, অদুগা উমং কয়া ফাওদুনা ঐ চৎলম্মী।

### নৈনরোল

হন্দক্কী লৈশেম্লগী (সৃষ্টিগী) মমাঙদসু মীওইবগী লৌ-উবা, খোংদগী পোৎথিবা, শা-শন য়োকপা, পোং-চৈ শাবা, হৈকোন-লৈকোন্নচিংবা ইংখোল কোইবগী থবক পুম্নমক হৌজিক তৌরিবা অসুম্না তৌরম্লিবনি। তৌরিবা অসুম্না মতুংগী সৃষ্টিদসু অদুম মতৌগনি। চহী লক্ষ কয়া কয়াগী মতুংদা প্রকৃতিগী নিয়ম মতুং ইন্না সৃষ্টি অমুক অমুক তৌরিবনি, অদুগা বিশ্বজগৎকী ইতিহাস অদু অয়াম্বদি অদুম মহন্জন্বনি। সংসার বিষয়ীশিংনা অরীবা থিবগীদমক লম কয়াদা য়োৎনা তৌথোকপগী থবক তৌদুনা মতম মাঙহল্লী; পুন্সিগী তৌগদবা করিনো হায়বদুদি মম্নুং হনজল্লা থিগে হায়দদুনা মতম মাঙহল্লী। দিব্যজীবনগী ঈথক অমতং য়ৈবদগী শ্রীনারদ মুনিনা নগর, গ্রাম অমদি সনা-লুপাগী খোং কয়া অদুগা শিল্পশালা (খুৎশা-হৈবগী পোৎশাকম) কাওরগা চৎলবা কাওবদা শেম্মুম তানুগে হায়না মীৎকুপ অমফাওবা মাঙহল্লমদে। মহাক অদুম তেক্ত-কায়দনা আত্মাগী অকারম কাদুনা চৎখরম্মী। শ্রীমদ্ভাগবতম্সি চহী লক্ষ কয়াগী মমাঙদা থোকখিবা ইতিহাস অদুনা হল্লকপনি। মফমসিদা হায়রি- ইতিহাসগী মরুওইবা মচাক মখৈদা খুন্নৎলগা আধ্যাত্মিক সাহিত্যসিদা হাপচন্বনি।

## শ্লোক ১২

**চিত্রধাতুবিচিত্রাদ্রীনিভভগ্নভুজদ্রুমান্।**
**জলাশয়াঞ্চিবজলান্নলিনীঃ সুরসেবিতাঃ।**
**চিত্রস্বনৈঃ পত্ররথৈর্বিভ্রমদ্ভ্রমরশ্রিয়ঃ॥ ১২ ॥**

### শব্দার্থ

চিত্রধাতু—মথল মথাগী সনা-লুপানচিংবা ধাতু; বিচিত্র—মথল মথেলমা পুন্নাং-লাংলবা; অদ্রীন—চীঙ য়য়াম; ইভ-ভগ্ন—শামুশিংনা মশা-মরেং খুদেকপীরবা; দ্রুমান্—উপাম্বী য়য়াম্; জলাশয়ান্—ঈশীং-লৈবা মফম; শিবজলান্—হকচাঙ ফনঙাইওইবা ঈশীং; নলিনীঃ—থবাল য়য়াম; সুরসেবিতাঃ

—স্বর্গগী লাইয়াম্না পামজবা; চিত্রস্বনৈঃ—মুংশিরবা মখোল্লা মখোয়গী ওইবা, পত্ররথৈঃ—উচেকশিংনা; বিভ্রমৎ—কোয়ভাও ভাওনা পাইরিবা; ভ্রমরশ্রিয়—খোইমু-লাবশিংনা লৈতেংলিবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপ।

সনা-লুপা-কোরি-নচিংবা পোৎতাগী খোং মখল মথানা থন্বা চীঙশাং কয়া লান্দুনা অদুগা স্বর্গগী লাইয়াম্না পামজবা থম্বাল-শাংপা ঈশীংতুঙকয়া মরাঙকায়রবা অদুগা কোয়ভাওনবা খোইমুশিংনা অমসুং শৈশকচবী চেক্লাশিংনা লৈতেংবা লমদম কয়া কাওদুনা ঐহাক চৎলম্মী।

শ্লোক ১৩

**নলবেণুশরস্তম্বকুশ কীচক গহ্বরম্।**
**এক এবাতিযাতোঽহমদ্রাক্ষং বিপিনং মহৎ।**
**ঘোরং প্রতিভয়াকারং ব্যালোলূকশিবাজিরম্ ॥ ১৩॥**

শব্দার্থ

নল—তৌরাং; বেণু—বা পাম্বী, শরঃ—শীঙনাং; তম্ব—থম্নবা; কুশ—কুশ নাপী; কীচক—নাপী জাৎ, গহ্বরম্—গুহা; একঃ—মথন্তা; এব—দমক, অতিযাতঃ—চৎপদা বারবা; অহম্—ঐনা; অদ্রাক্ষম্—উরম্মী; বিপিনম্—উমং; মহৎ—অচৌবা; ঘোরম্—অকিবগী মশক মম্বা; প্রতিভয়-আকারম—য়াম্না কিনিঙাই ওইবা; ব্যাল—লিল; উলুক—মকু; শিব—লমহুই; অজিরম্—শান্নকম।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অদুদগী ঐহাক ইথম্তমক তৌরাং, শীঙনাং, বা, এ থৌ, কুশ, কীচক নাপীনচিংবা ভাক্তগী ওইবা ইথন্ত চৎপদা বানঙাই ওইবা উমং ময়াম অমসুং গুহা ময়াম উরম্মী। লিন, মকু অমদি লমহুইশিংগী শান্নবুং ওইরিবা অকিবগী মশক ওইরিবা অকিবগী মশক ফংনা মম্নবা খুদোংথিনঙাই ওইনা কির কিরবা অচৌ অচৌবা উমং কয়ামু উরম্মী।

নৈনরোল

ঈশ্বরদা থাজবা লৈনবা অদুগা পুর্কীংগী পাজল কনথৎহন্নবা অমসুং চৎলুরিবা লমদমদুগী মী-শিংগী মকমদা ঈশ্বরগী মপাও তাকপিনবা হায়দুনা উমং রামং, নগর-গ্রাম কয়া মথন্তমক কোয়দুনা ভগবান্গী স্তুতিগী পোৎ মখল মথেল উনবা তৌবসে পরিব্রাজক (লপোইবা) অমগী মথৌনি। সন্ন্যাসী অমনা অসিগুম্বা খুদোংথিনঙাই থবক কিরুবা লৈতনা তৌবা হায়বসে তৌদবা য়াজবা অমনি। ভাক্তাদুগী চপচাবী আধুনিক যুগসিগী সন্ন্যাসীদি ভগবান্ চৈতন্যনি, মহাত্মা হাররিবা মওংসিমক্তদা মধ্যভারতকী উমংশিংদা কৈ, শওম, লিল, শজি, শামুনচিংবা জললগী শা অতৈ অতৈদা জান হান্নিদুনা কোয়চৎ চৎলম্মী। কলি যুগ অসিদদি মীচমশিংনা সন্ন্যাস লৌবা য়াদে হায়রি। মীওোন্দা মশাগী মপাও শন্দোক্রবা বেশ হোংবা মীদুদি অশেঙবা ফিদমঙাই ওইবা সন্ন্যাসীগা খেন্নৈ। অদুম ওইনমক মীপুম খুদিংনা সমাজগা লৈনবা মরীচু মপুঙ কানা থদংনবা ব্রত লৌগদবনি অদুগা ভগবান্গী সেবাদা মশাবু কংথোক্কদবনি। বেশ হোংবদি অমুক মওং অমা লাকপদনি। ভগবান্ চৈতন্যনা সন্ন্যাসীগী মিং অমা লৌখিদে। কলিযুগসিদদি সন্ন্যাসীনি হায়রিবশিংদুনা চৈতন্যপ্রভুগী মতুং ইনগদবনি অদুনা মনিং হোংদোক্লোইদৌবনি। যুগ অসিদদি ভগবান্গী নাম-গুণ-শ্রবণ অমসুং কীর্তন তৌবগী

ভক্তিযোগসি তৌ হায়না কন্না হায়রি। ইমুং মমুং থাদোক্লুনা সন্ন্যাস লৌরবা হৌজিককালগী মীনা পরিব্রাজকাচার্য্য নারদগী 'নংত্রগা চৈতন্য মহাপ্রভুগী মতৌ তমগদবা নত্তে; অদুগী মহুত্তা তীর্থ অমদা ফমগা বৃন্দাবনগী গোস্বামী তরুকুম্বা আচার্য্যশিংনা থম্বীরম্বা শাস্ত্রগ্রন্থশিংদু শ্রবণ অমদি কীর্ত্তন তৌদুনা মখোয়গী মতম অমসু, পাঙ্গল পুম্বা কখোকপনা হেন্না ফৈ।

শ্লোক ১৪

**পরিশ্রান্তেন্দ্রিয়াত্মাহং তৃট্‌পরীতো বুভুক্ষিতঃ।**
**স্নাত্বা পীত্বা হ্রদে নদ্যা উপস্পৃষ্টো গতশ্রমঃ॥ ১৪॥**

শব্দার্থ

পরিশ্রান্ত—চোকথববা, ইন্দ্রিয়—হকচাঙ; আত্মা—পুক্নীং; (পরিশ্রান্ত-ইন্দ্রিয়-আত্মা— লম্বী চৎপগী হকচাঙ অমসু, পুক্নীং চোকথববা), অহম্—ঐহাক; তৃট-পরীতঃ—ঈশীং খৌরাংবা; বুভুক্ষিতঃ—চাক লাম্বা, স্নাত্বা—ইরুজদুনা, পীত্বা—(ঈশীঙ) থক্লুনা; হ্রদে—পাৎতা, নদ্যাঃ—তুরেনগী; উপস্পৃষ্টঃ— অচমন তৌদুনা শম্নদুনা, গত—কোক্লম্মী, শ্রমঃ—চোকথবা, (গতশ্রমঃ—চোকথবা ফবম্মী)।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতৌ অসুম্না কোয়বকপনা ঐহাক্না পুক্নীং-হকচাঙ লোইনা চোকথবম্লে। ঐহাক ঈশীংসু খৌবাংলম্মী অদুগা চাকসু যাম্না লাম্লম্রে। তুরেল অমগী পাৎ কোমদা ইরুজরগা ঈশীং থক্লম্মী। ঈশীং থক্লগা শম্নবদুনা ঐগী চোকথবদু কোক্লম্মী।

নৈনবোল

কোয়না চৎপা পরিব্রাজকতি হকচাঙগী চঙদবা য়াদবা হাযবদি লাম্বা খৌরাংবা অনীসে প্রকৃতিনা পীবা পোৎনা কোকহল্লী, যুম্লানবশিংগী যুমথোঙ যুমথোঙদা ভিক্ষা নিদে। সন্ন্যাসীনা গৃহস্থগী য়ুমদা ভিক্ষা নিবগীদমক চৎতে, পরমার্থগী পাওতাক পীবগীদি চৎলি।

শ্লোক ১৫

**তস্মিন্নির্মনুজেঽরণ্যে পিপ্পলোপস্থ আশ্রিতঃ।**
**আত্মনাত্মানমাত্মস্থং যথাশ্রুতমচিন্তয়ম॥ ১৫॥**

শব্দার্থ

তস্মিন্—মহুদা, নির্মনুজে—মী তাদবা; অরণ্যে—উমংদা; পিপ্পল—খোংনাং-পাম্বী; উপস্থে— মখাদা ফমদুনা; আশ্রিতঃ—থুপ্লম্মী, (আশ্রয়-লৌরম্মী); আত্মনা—বুদ্ধিনা, আত্মানম্—পরমাত্মাবু; আত্মস্থং—ইর্শাগুংদা লৈবা; যথা-শ্রুতম্—মুক্তাত্মা ওইবশিংদগী ইনাকোঙনা তাখিবগুম্না; অচিন্তয়ম্— বাখল খল্লম্মী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অদুগী তুংদা মী তাদবা উমংদুদা খোংনাং পাম্বী অমগী মখোঙদা ফম্লগা ঐনা ইনাকোংনা তাখিবা অদুগুম্না ইবুদ্ধিনা ইশাগুংদা লৈরিবা পরমাত্মাবু খনবা হৌরম্মী।

### নৈনরোল

কনাগুম্বনা মরম্নাই মচিং মশোন নাইনা ধ্যান তৌগদবা নত্তে। গুরু অমগী মঙ্কমদগী শাস্ত্রনা করি হায়না তাক্লি হায়বদু মপুং ফানা খঙদোকদবনি, অদুগা জীব খুদিংগী মশামুংদা লৈবা অন্তর্যামী পবমাত্মাবু খনবদা ( ধ্যান তৌবদা) গুরুনা তাক্লকপবু তুংইল্লিবা বুদ্ধিদু চপ চানা শীজন্নগদবনি। গুরুগী য়াথং পাঙথোক্লগা ভগবান্দা প্রেম সেবা তৌরিবা ভক্তনা অসিগুম্বা ভাবনাবু চেংনা য়োকই। শ্রীনারদজীনা মতীকচাবা গুরুশিংগা থেংনকই, মখোয়বু শুকচেল্লা শেংনা সেবা তৌজখি অদুগা অচুম্বা জ্ঞান ফংখি। মতৌ অমুম তৌদুনা মহাক্না ধ্যান তৌবা হৌখি।

### শ্লোক ১৬

**ধ্যায়তশ্চরণাম্ভোজং ভাবনির্জ্জিতচেতসা।**
**ঔৎকণ্ঠ্যাশ্রুকলাক্ষস্য হৃদ্যাসীন্মে শনৈর্হরিঃ॥ ১৬॥**

### শব্দার্থ

ধ্যায়তঃ—অমুম্না ধ্যান তৌরিবা; চরণ-অম্ভোজম্—পরমাত্মাগী খোঙ-থম্বানবু; ভাব-নির্জ্জিত—ভক্তিভাবতা চঙশ্রবা; চেতসা-পুক্লীংনা (খনবা, পাম্বা অমসুং পানবনচিংবা পুক্লীংগী থবক পুম্বা); ঔৎকণ্ঠ্য—খোৱাংবা; অশ্রুকল—চেম্বরকপা পীরাং; অক্ষস্য—মীৎকী; হৃদি—(ঐগী) থম্মোইদা; আসীৎ—থোবক্লম্মী; মে—ঐগী; শনৈঃ—অমুম অমুম; হরিঃ—শ্রীহরি।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ভক্তিনা শেংলবা থম্মোইগা লোয়ননা ঐনা ভগবান্গী খুয়া থম্বানবু ধ্যান তৌবা হৌবমক্তদা ইমীত্তগী পিরাং ওরো ওরো চেম্বরকখি। অদুদগী থুনমক ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনা ঐগী থম্মোইলকামুংদা ফোংথোরকখি।

### নৈনরোল

'ভাব' শব্দসি মঙ্কমসিদা শীঙথানঙাইনি। ভাব-কী মতাঙসে ভগবান্বু মুংশিন্নবা মতমদা ওইরিবনি। অজ্ঞানবা হৌবগী মতাঙবুনা 'শ্রদ্ধা' হায়বদি ভগবান্বু পাম্বা মথল অম্না কৌই, অদুগা পাম্বা অসি হেক্লংলক্লবা ভগবান্গী শুদ্ধভক্তশিংগা সঙ্গ তৌগদবনি। অদুমশুবা মতাঙনা ভক্তি যোগগী শাস্ত্রনা তাকপা নিয়ম-বিদ্ধিশিংদু পাঙথোকপা হায়বদুনি। অদুম তৌরগা চিংনবা (শঙ্কা) মখল লোইনমক কোক্লনি, অদুগা ভক্তিযোগগী লম্বীদা চাওখৎ খোঙথাঙ থাংবদা অপন অরাক ওইগদবা ইশা ইশাগী দোষশিংসু কোক্লনি।

শঙ্কা পুম্বা অমসুং ইশা ইশাগী দোষ কোক্লরা মতমদা পরমার্থগী মরমদা থাজবগী চৎনবী মতাঙ অমা ওইবকই। মতাঙসি য়োৗরগা আকর্ষণগী ( ভগবান্গী মায়কৈব্রম চিংশনবগী ) মতাঙদু লাকই, অদুগী তুংদা 'ভাব' ওই হায়বদি ভগবান্দা শুদ্ধ-প্রেম ওইরক্লবগী মমাঙথাবা মতাঙদু ওই। মথক্তা পনগ্রিবা মতাঙ মখলশিংসে ভগবান্বু প্রেম তৌবগী মথং মথং ওইথৎলকপা মতাঙ ওাক্লি। অমুম্না প্রেমনা হারবা মতমদা অকনবা খাইন-মৈচাক অমা ফাওরকই, মদুদগী য়োনা মুংঙাইবগী বিকার নিপালদু ওইরকই। ভক্তগী মমীত্তগী পিরাং শিম্বা হায়বসি মশানা অদুম তারবা থক্লি; শ্রীনারদ মুনিনা নহালমক্তী মপোক্তা মদুগী মতাঙদু মহাক্না মযুম থাদোক্তুনা চৎখিবগা থুরেমখৈ

কংথিবা মরম্না মাগী থম্মোইম্নুংদা ভগবানবু উজবদো য়াম্না ওইথোকপা থোদো অমনি; ভগবানন্না মাগী থম্মোইম্নুংদা চোংথোরকপদা শংশংনা পরমার্থদা চঙশ্রবা অদুগা মায়াগী মচু চুম্রবা মাগী ইন্দ্রিয়শিংনা খঙলম্মী।

শ্লোক ১৭

**প্রেমাতিভরনির্ভিন্নপুলকাঙ্গোঽতিনির্বৃতঃ।**
**আনন্দ সংপ্লবে লীনো নাপশ্যমুভয়ং মুনে ॥ ১৭ ॥**

শব্দার্থ

প্রেমা—মুংশিবা, অতিভব—হাক্না য়াম্না; নির্ভিন্ন-থোইদোকনা শকউংলবা, পুলক—হরাও-তুজুংবা; অঙ্গ—হকচাঙ কাযাৎশিং; অতিনির্বৃতঃ—য়াম্না যাম্না মুংঙাইবা; আনন্দ—অযৌবী মুংঙাইবা, সংপ্লবে—ঈপাক্তা, (আনন্দ সংপ্লবে মুংঙাইবগী ঈপাক্তা), লীনঃ—লুপ্না, ন—নত্তে, অপশ্যম্—উরম্মী, (ন অপশ্যম্—উথিদে , উভয়ম-অনী মকপু; মুনে—হে ব্যাসদেব।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে ব্যাসদেব মুনি, প্রেমনা থুমহৎখিবনা ঐগী অঙ্গ পুম্নমক হরাও তুজুংখি। অয়ৌবী মুংঙাইবগী ঈপাক্তা লুপখিবনা ইশাবুস্ত শ্রীহরিবুস্ত অনীমকপু ঐ উথিরমদে।

নৈনবোল

পাবমার্থিক ভাবতা যৌনা মুংঙাইরকপা অদুগা চাংদম্নবা মীরম্নেন্দা করিমত্তা লৈত্তে। অদুগুম্না ভাব মযামদু যোঙদোকপদি যাম্না বানা থোকপা ওইনা তৌই। অদুগুম্না মুংঙাইবদু শ্রীনারদ মুনিগী বাহৈনা হাইফেৎতং উবা য়াই। হকচাঙগী কায়াৎ খুদিংমক্তী হায়বদি ইন্দ্রিয় খুদিংমক্তী তৌগদবা তোঙান তোঙানবা মথৌ লৈ। ভগবানবু উরবা মতুংদদি ইন্দ্রিয় লোয়নমকনা ভগবান্দা সেবা তৌনীংবদু মপুঙ ফারকই, মরমদি মীওইবনা মুক্ত ওইরবা মতাঙদা ইন্দ্রিয়শিংনা ভগবানবু সেবা তৌবগীদমক মপুঙ ফানা মতীক চারকই। মতৌ অসুম ওইবনা, পারমার্থিক আনন্দদা লুপ্লবদা ইন্দ্রিয় পুম্নমকনা ভগবানবু সেবা তৌনীংখৎলকই। অসুম্না ওইবা মরম্না নারদ মুনিদো কযামুক মুংঙাইরম্বগে হায়ববু মতম অমতদা মশাবুস্ত অদুগা ভগবানবুস্ত মহাক উবমদে।

শ্লোক ১৮

**রূপং ভগবতো যত্তন্মনঃকান্তং শুচাপহম্।**
**অপশ্যন্ সহসোত্তস্থে বৈক্লব্যাদ্দুর্মনা ইব ॥ ১৮ ॥**

শব্দার্থ

রূপম্—শক: ভগবতঃ—ভগবান্গী; যৎ—ওইরিবদু; তৎ—মদু; মনঃ—পুক্নীংগী; কান্তম্—অপাম্বদো; শুচ-অপহম্—অবাবা (শোক) পুম্বা মাঙহনবা ওইরিবা; অপশ্যন্—উত্রদুনা; সহসা—খঙহৌদনা; উত্তস্থে—লেপলম্মী; বৈক্লব্যাৎ—পুক্নীং লাংতক্নবদগী দুর্মনা—থৌরাংলবা পুকচেল চেনবা; ইব—গুম্না।

## মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ভগবান্গী দিবা রূপ অদুনা পুক্লীংগী অপাম্ববু পেলহল্লি অদুগা খুদক্তা অবাবা (শোক) পুম্নমক মাঙহল্লি। রূপ অদুবু উবা ফংত্রবদা পুক্লীং লাংতক্লবদগী, কনাগুম্বনা মাগী অপাম্ববু ফংত্রবদা খৌরাংদুনা লাংতক্লবগুম্বা, ঐহাক খঙহৌদনা ফুক হৌগৎলম্মী।

## নৈনরোল

ভগবান্দি শক্লাইদবা (নিরাকার) নত্তে হায়বদু নারদ মুনিনা খঙলে। অদুবু ভগবানগী মশক্তি ঐখোয়না প্রাকৃত জগৎতা থেংনরিবা শক পুম্নমক্তা পুঙথেন থেন্নৈ। ঐখোয়গী পুল্লিদা ঐখোয়না প্রাকৃত জগৎসিদা লৈরিবা শক মখল মখল উরি, অদুবু মখোয় অমতনা পুক্লীং পেলহনবা ঙমদে অদুগা পুক্লীংগী অবাবসু কোকহনবা ঙমদে। ভয়েংবা মীগী পুক্লীং পেলহনবা অমদি পুক্লীংগী অবাবা কোকহনবা হায়বসে ভগবানগী রূপকী (শক্তী) থোইদোকপা মগুণনি। ভগবানগী রূপ অদুবু অমুক্তং উরবা মীদুবু অতৈ অমনা পেলহনবা ঙমত্রে; প্রাকৃত জগৎকী শক অমতনা অউবা মীবু অমুক পেলহনবা ঙমত্রে। ভগবানবু নিরাকার নত্রগা নির্ব্বিশেষনি হায়বগী অর্থদি প্রাকৃত রূপকা মান্নবা মাগী করিমত্তা লৈতে হায়বনি অদুগা মহাক প্রাকৃত পুরুষ নত্তে হায়বনি।

আত্মা পানবা জীব ওইনা ঐখোয়না ভগবানগী দিব্য রূপকা মতম পুম্বগী ওইনা সম্বন্ধ লৈবনিনা মপোক মপোক খুদিংদা ভগবানগী রূপ অদুবু উজগে হায়না থিগ্নল্লি। ঐখোয়বু প্রাকৃত রূপ অমতনা পেলহনবা ঙমদে। নারদ মুনিনা ভগবানগী রূপ অদু হাইকেৎ উরম্মী, অদুবু অমুক উখিত্রবদা শক অদু উননবা থিননবগীদমক ফুক হৌগৎলম্মী। ঐখোয়না ইপোক ইপোক্তা পামজরিবদু নারদ মু'ননা যংখি, অদুবু অমুক উখিত্রবদা থম্মোইদা ত্রক্তনা পানবগুম রাখি।

## শ্লোক ১৯

**দিদৃক্ষুস্তদহং ভূয়ঃ প্রণিধায় মনো হৃদি।**
**বীক্ষমাণোঽপি নাপশ্যমবিতৃপ্ত ইবাতুরঃ॥ ১৯॥**

### শব্দার্থ

দিদৃক্ষুঃ—য়েংনীংবা (মহাক); তৎ—মদু; অহং—ঐ; ভূয়ঃ—অমুক হন্না; প্রণিধায়—(পুক্লীং) পুঙচঙ চঙনা, মনঃ—পুক্লীং; হৃদি—থম্মোইদা; বীক্ষমানঃ—উনীং উনীংনা; অপি—সু; ন—নত্তে; অপশ্যম্—উবম্মী; (ন অপশ্যম্—উরমদে); অবিতৃপ্তঃ—পেন্দবা; ইব—গুম্ন; আতুর—রারম্মী।

## মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ভগবানগী দিবা রূপ অদুবু ঐনা অমুক উনিংঙম্মী, অদুবু অমুক হন্না মশক অদু উবা ফংননবা হাযদুনা থম্মোইদা পুক্লীং থিংজন্দুনা ধ্যান তৌনা তৌনা ঐনা মহাকপু অমুক উখিত্রে, অদুম পুক্লীং পেন্দ্রবদুদা য়াম্না রারম্মী।

## নৈনরোল

ভগবানগী রূপ উননবা খুংশেম পাম্বৈ অমতা লৈতে। ভগবানগী কৃপাতনা মাবু উবা ফংগদবনি। ঐখোয়গী ইমাঙদা থোরকউ হায়না ভগবানদা দাবি তৌবা য়াদে। ঐখোয়না মুমীৎপু থোরক-হন্নীংবা মতমদা থোরকহনবা য়াদবগুম্বনি। মুমীৎনা থোকপদি মরম্লাই ওইনা থোকচবনি, মতৌ

অদুগুম্না ভগবানসু মানা কৃপা তৌবিগে হায়রবদদা মরম্নাই ওইনা থোকচরকপনি। ঐখোয়না তৌগদবদি তানচাবা পুংকমদো ঙাইদুনা লৈবা অদুগা ঙাইরিঙৈদা মাবু প্রেম-ভক্তিগা লোয়ননা শান্ত্রনা তাকপা ঐখোয়গী ইথোদু তৌথদুনা লৈবা অসিনি। নারদ মুনিনা খল্লম্নবু মাগী হাম্লগী খুৎশেম পাম্বৈগুম্বা ধ্যান মতৌদুন উথিবা ভগবানগী রূপ অদুবু অমুক উবা ফংগনি হায়না খল্লম্ননি। অদুবু মহাত্মা ঙম্নমথৈ হোৎনদুনসু উবা ফংখিদরে। ভগবাননা কনাগুম্নবু পেলহন্দবা য়াদে হায়বগী রা লৈতে। অদুবু শুদ্ধভক্তিদনা থৌরী ওইরগা মাবু পুনবা য়াইয়ে। মহাক ঐখোয়গী প্রাকৃত ইন্দ্রিয়গী পাম্বৈনা উবা য়াবা নত্তে। মহাত্মা পেল্লবা মতমদা, মাগী কৃপাতনা ওইহল্লকপা ভক্তি সেবাবু পুকচেল শেংনা তৌদুনা হোৎনরবদদা মহাত্মা মরম্নাই ওইনা থোরক্লগা মাবু উবা ফংগনি।

শ্লোক ২০

**এবং যতন্তং বিজনে মামাহাগোচরো গিরাম্।**
**গম্ভীরশ্লক্ষ্ণয়া বাচা শুচঃ প্রশময়ন্নিব ॥ ২০ ॥**

শব্দার্থ

এবম্—মতৌ অসুম্না, যতন্তম—হোৎনবিবা, বিজনে—মী তাদবা, মাম—ঐবু, অগোচরঃ—ফোঙদোকপা যাদবা, গিরাম্—রাহৈ, গম্ভীর—চাঙ-লেম্বা, শ্লক্ষ্ণয়া—নাকোংদা থুম্নবা, বাচা—রাহৈ, শুচঃ—থরাই বাবা, প্রশময়ন—হম্বহনবগী, ইব—মতৌংম্না।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মী-চাকপা মফমতুদা ঐনা হোৎনবিবদু উরদুনা রাহৈনা ফোঙদোকপা যাদ্রবা পরমেশ্বর ভগবান্না ঐগী পুক্নীংগী অবাবা (শোক) অদু কোকহনবিনগে মতাংম্ চাঙলেম্না থুম্নবা রাহৈনা ঐঙোন্দা হায়বিরকই।

মৈনবোল

মীরয়েনগী রাহৈনা যোংদোকপা বুদ্ধিনা লাম্বা য়াবা নত্তে ঈশ্বর ভগবানদি হায়না বেদদা হায়রি। অদুবু মহাত্মী ওইজ খিদবা কৃপানা মাগী রা শ্রবণ তৌবা ঙম্নবা অদুগা মঙোন্দা রা ঙাঙবা য়ানবা যুৎ-চাবা ইন্দ্রিয় কনাগুম্বনা ফংবা ঙম্মী। মসি ভগবান্‌গী অচিন্ত্য (মীওইবগী রাখল্লা লাম্বা ফংদবা) শক্তিনি। ভগবান্‌গী কৃপা ফংলবা মীনা ভগবান্না ঙাঙলকপা রা মনাকোঙনা তাবা ফংই। ভগবান্না নারদমুনিবু য়াম্না পেন্‌বিরম্মী, মরমদুনা মঙোন্দা ভগবান্না ঙাঙলকপা রা শ্রবণ তৌবা ঙম্নবা শক্তিদু হাপ্পীরম্মী। অদুম ওইনমক মী অতৈগীদমক্তি ভক্তিযোগকী সাধন হৌরকপগী মতাংদা ভগবান্‌গা হকথেংনবা হায়বদু ওইথোক্লোই। নারদমুনিনা হকথেংনরিবসিদি মঙোন্দা ময়ামদগী থোইদোকপা কৃপা অমা তৌবনি। ভগবান্‌গী থুম্নবা রাহৈশিংদু মনাকোঙনা তারবা মতমদা কায়নবগী মৈচাক অদু খরমথৈ হম্বরম্মী। ভগবান্‌বু মুংশিজবা ভক্তদি ভগবান্‌বু উদবগী কায়ন-মৈচাক মতম পুম্বদা চাক্লুনা লৈ। মবমদুনা ভক্তদু দিব্য-উন্মাদ অবস্থাদা মতমপুম্বা লেল্লী।

শ্লোক ২১

**হন্তাস্মিন্ জন্মনি ভবান্ মা মাং দ্রষ্টুমিহার্হতি।**
**অবিপক্বকষায়াণাং দুর্দর্শোঽহং কুযোগিনাম্ ॥ ২১ ॥**

## শব্দার্থ

**হন্ত**—হে নারদ মুনি; **অস্মিন্**—মসিদা; **জন্মনি**—মপোক্তা; **ভবান্**—নহাক; **মা**—নত্তে; **মাম্**—ঐবু; **দ্রষ্টুম্**—উবা; **ইহ**—মফমসিদা; **অর্হতি**—মতীক ওই; (**মা অর্হতি**—মতীক ওইদে); **অবিপক্ক**—চাকথেকপ্রিবা; **কষায়ানাম্**—মায়াগী অমোংপা; **দুর্দর্শঃ**—উবদা য়ানভাই ওইবা; **অহম্**—ঐ; **কুযোগিনাম্**—যোগ মহৈ য়াম্প্রিবশিংগী।

## মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(ভগবান্না হায়রম্মী)—হে নারদ;-হন্দকী মপোক্তদি নঙ ঐবু অমুক হন্না উবা ফংলরোই। যোগ সাধন মহৈ য়াম্প্রিবা অত্তুগা সংসার মায়াগী অমোংপা ময়ামত্থ পুঙকোক কোক্ত্রিবমখৈদি ঐবু উবদা য়ানা থোক্তনি।

## নৈনরোল

ভগবদগীতাদা পরমেশ্বর ভগবানদি বিশুদ্ধনি (অমোংপা পক্তবনি), পরম (পুঙথোই থোইবা), অদ্বয় (অনীশুদবা) তত্ত্বনি (সত্তানি) হায়রি। মহাক্কী মশাদা মায়াগী মচু চুবগী খুদম অমতা লৈতে। মতৌ অস্তুম্না মায়িক কামগী মচু শম্মামুক্তং ফাওবা চুরিবা মীনদি ভগবানগী নাক য়োবা য়াদে। ভক্তিযোগ হৌবদি মীওইবনা য়ামত্রবদা রজঃ অমস্তুং তমঃ গুণ অনীসি পুঙচেন চেন্দ্রবা মতমমত্থদগীদা হৌগদবনি। গুণ অনীসি চেন্দ্রে হায়বসি উৎপদি কাম (মুপা মুপী পায়বা) অত্তুগা লোভ (পাম্বগী মীহৌবা) লৈত্রে হায়বগী লক্ষণনা খঙনগনি। হায়বদি, ইন্দ্রিয় পেনবা পাম্বা অত্তুগা ইন্দ্রিয় পেলহনবা হায়বা মরম অনীসিদগী লাম্থোক্তদবনি। প্রকৃতিগী মচাঙ পূবা গুণদি সত্ত্বগুণ হায়রত্থনি। মায়াগী মচু জাং পুম্নমক কোকপা হায়বদি সত্ত্বগুণদগীসু লাম্থোক্তদবনি। অচীকপা উমং অমদা ঈশ্বরগা য়া ভাঙননবা থিবদি সত্ত্বগুণদা লৈবনি হায়রৈ। কনাগুম্বনা পারমার্থিক সিদ্ধি ফংগে হায়রগীদমক উমং অমদা লৈরুবা য়াই, অত্তুবু মত্থমক্তা ভগবানবু হকথেংননা মফমত্থদা ফংগনি হায়বদি য়াদে। মহাক মায়িক আসক্তিদগী পুঙলান-লাম্থোক্তদবনি অমসুং প্রাকৃত নত্তবা থাক্লোন অমদা লৈগদবনি। মত্থতনা ভক্তবু ভগবানগা হকথেংননা উনবদা তেঙবাঙগনি। থুাইদগী ফবা উপায়দি ভগবানগী দিব্য রূপ অত্তুবু লাংলিবা মফম অমদা লৈগদবনি। ভগবানগী মন্দিরদি প্রাকৃত নত্তবা মফম্নি, অত্তুগা উমংদি প্রাকৃত ওইবা অফবা লৈফম অমনি। সাধক ভক্তগীদি ভগবানগী শ্রীবিগ্রহ মূর্ত্তিবু মতম পূম্বদা লাংপনা (অর্চ্চনা তৌবনা) উমং মন্নুংদা ভগবানবু থিবা চংলুবদগী হেন্না ফৈ। ভক্তিযোগ হায়বসে অর্চ্চনা (লাংপা) তৌবনা হান্না হৌগদবনি; মত্থনা যুম থাদোক্লগা উমংদা লৈরুবদগী হেন্না ফৈ। শ্রীনারদ মুনিদো মায়িক বাসনা (অপাম্বা) পুম্নমক লাম্থোক্লম্নবা হন্দকী মপোক্তদা উমংদা চংত্রে, মহাক্না চংলু চংলুবা মফম থুদিংমকপু বৈকুণ্ঠ ওইহনবা মহাক্না শুম্নবসু। মীওইবশিংবু, দেবতাশিংবু, কিন্নরশিংবু, গন্ধর্বশিংবু, ঋষিশিংবু, মুনিশিংবু অত্তুগা অতৈ পুম্নবু ভগবানগী ভক্ত ওইহন্নবা মহাক্না লোক থুদিংদা কোয়চং চংলি। মহাক্না লাওত্থনা প্রহ্লাদ মহারাজ, ধ্রুব মহারাজ-নচিংবা কয়াবু ভগবানবু অর্চ্চনা তৌহনখি। মরমত্থনা ভগবানগী বিশুদ্ধ ভক্তনা নারদ অমদি প্রহ্লাদ-খোয়গুম্বা ভক্তত্থনা ভগবানগী নাম-গুণ কীর্ত্তন তৌত্থনা মাগী মতম পূম্বা লেপ্লি। মসিগুম্বা প্রচার মতৌদি প্রাকৃত গুণশিংগী য়াংমদা লৈবা ওাক্লি।

### শ্লোক ২২

**সকৃদ্ যদ্ দর্শিতং রূপমেতৎ কামায় তেঽনঘ।**
**মৎকামঃ শনকৈঃ সাধু সর্ব্বান্ মুঞ্চতি হৃচ্ছয়ান্॥ ২২॥**

### শব্দার্থ

সকৃৎ—অমুক্তং; যৎ - মদু; দর্শিতম্—উৎপবা; রূপম্—শক; এতৎ—মসি; কামায়—অপাম্বগীদমক, তে—নঙগী; অনঘ—হে পুণ্য চেনবা; মৎ—ঐবু; কামঃ—পাম্বা; (মৎ-কামঃ—ঐবু পাম্বা); শনকৈঃ—অসুম হেঙ্গৎতুনা; সাধুঃ—ভক্ত; সর্ব্বান্—পুম্নমক; মুঞ্চতি—কোকই; হৃৎ-শয়ান্—অপাম্বা পুম্নমক।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে পাপ-পক্কবা, নহাক অমুকথক্ত ঐগী শক উৎপ্রে, মদু নঙনা ঐবু পাম্বা হেঙ্গৎহন্নবগীদমক্তি, মরমদি অদুকী মতীক হেন্না ঐবু পামশন্নকপগা লোয়নননা ভক্তগী মাযিক বাসনাসু (অপাম্বশিংসু) হেন্না হেন্না কোক্লক্কনি।

### নৈনবোল

জীব অমগী অপাম্বা শূক্লে লৈতবা হৌনদে। মহাক থরাই-য়াওদবা মুক্ত নত্তে। মহাক থবক শূদবা য়াদে, রাথল থন্দবা য়াদে অদুগা অপাম পামদগী থম্মোই চেন্দবা য়াদে। অদুবু মহাক্না থন্নিবা রাথল অদুগা পান্নিবা পোৎতুনা প্রকৃতিগা মরী লৈনবা মতমদা মহাক অফা-অপূন্নবা হায়বদু ওই; অদু তৌদদুনা ভগবানগী সেবাগীদমক রাথল থন্নবা অদুগা নীংলকপা অদু ওইরবদি মহাক অসুম অসুম মায়া লাংদগী নাম্থোরক্কনি। মী অমনা ভগবানগী প্রেম সেবা অদুকী মতীক হেন্না তৌরিবমখৈ মহাক সেবাদু হেন্না হেন্না তৌনীংলক্কনি। মদুনি ভগবান্গী সেবাগী দিব্য ওইবা মতৌ। প্রাকৃত ওইবা সেবাগীদি লেথোরকপা নাই, অদুগা ভগবান্দা তৌবা পারমার্থিক সেবাগীদি লেথোকপা হায়বসু লৈতে অদুগা লোইখম্বা হায়বসু লৈতে। কনাগুম্বনা ভগবানদা প্রেম সেবা তৌবদু হেক্কৎলকহনবদি য়াই, অদুগা পেন্নদুনা লেথোকপা নত্রগা লোই-খম্বা হায়বদুদি মহাক থিবা ফংলোই। ভগবানগী সেবা তৌবদুনা কনসন্নক্লবদা ভগবানবু দিব্য ভাবতা থেংনগনি। মরমসিনা ভগবানবু উবা হায়বগী অর্থদি মাগী সেবাদা লূপ্না হায়বনি, মরমদি মাগী সেবাগা মহাকী মশাগা অমত্তনি। পূকচেল শেংবা ভক্তনা ভগবানগী সেবা থরাই য়াওনা তৌথগনি। ভগবান্না মাগী সেবা করম্না তৌগনি অমসুং কদায়দা তৌগনি হায়বদু চপ চানা তাকপীরক্কনি। নাঃদগী মশাদা সংসারগী অপাম্বা হায়বদু মনামতা লৈরমত্রবনি, অদুম ওইনমক মানা ভগবানবু য়াম্না কন্না পান্নিবদো হেক্কৎহন্নবা শ্লোকসিদা য়াওরিবা অসুম্না পাওতাক পীরিবনি।

### শ্লোক ২৩

**সৎসেবয়াদীর্ঘয়াপি জাতা ময়ি দৃঢ়া মতিঃ।**
**হিত্বাবদ্যমিমং লোকং গন্তা মজ্জনতামসি॥ ২৩॥**

### শব্দার্থ

সৎ-সেবয়া—পরম সত্তাবু নত্রগা সাধুবু সেবা তৌবনা; অদীর্ঘয়া—মতম থরদং; অপি—সু; জাতা—পোকই; ময়ি—ঐগোন্দা; দৃঢ়া—অচেৎপা; মতিঃ—বুদ্ধি (ভক্তি); হিত্বা—থাদোক্তুনা; অবদ্যম্

—তাখিনগাই ওইবা; ইমম্—অসি; লোকম্—প্রাকৃত জগৎ (হকচাঙ); গত্বা—চৎপা; মৎ-জনতাম্—ঐগী পার্ষদ; অসি—ওই।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতম মুমীৎ খরদংগী ওইরবসু নঙনা পরমসত্যবু সেবা তৌবনা (হায়রবদি সাধুসেবা তৌবনা) ঐগী ইকমদা নঙগী চেৎলবা বুদ্ধি পোকপ্রে। মরমত্থুনা হন্দকী লোক অসি (হায়রবদি মীনাইমুবীগী মচা ওইবগী দেহত্থু) থাদোক্তুনা ঐগী মী ওইরগনি।

নৈনরোল

পরম সত্যবু সেবা তৌবা হায়রবসে সংগুরু অমগী পাউতাক মতুং ইন্না পরমেশ্বর ভগবান্‌বু সেবা তৌবা হায়রবনি। গুরুদি ভগবান্‌গা সাধক ভক্তগা অনীগী মরকথং হায়রবত্থুনি। সাধক ভক্তনা মহাক্কী মপুঙকাদবা প্রাকৃত ইন্দ্রিয়শিংগী পাল্লনা পরমেশ্বর ভগবান্‌গী নাক চঙশল্লবগী শক্তি চেন্দে; মরমত্থুনা গুরুগী পাওতাক মতুং ইন্না ভগবান্‌গী দিব্য-সেবা করম্না তৌগদগে হায়রবত্থু মঙোন্দা তাকপী-তিকপীবা তাই। অসুম্না তাকপীবসি মতম খরদগী ওইরবসু সাধক ভক্তত্থুদা দিব্য-সেবা তৌবগী বুদ্ধি পোকই অত্থুদগীদি অসুম চৎথবত্থুনা মমৈদা প্রাকৃত জগৎতা মতম চুপ্পা কাজল্লবা ফিভমত্থুদগী লাম্ভোকপা ঙম্মী অত্থুগা দিব্য ধামদা কাত্থুনা ভগবান্‌গী রাজ্যদা মাগী অরান্‌খুবম কংলবা পার্ষদ (লোইন্) অমা ওইরকই।

শ্লোক ২৪

**মতির্ময়ি নিবদ্ধেয়ং ন বিপদ্যেত কর্হিচিৎ।**
**প্রজাসর্গনিরোধেঽপি স্মৃতিশ্চ মদনুগ্রহাৎ॥ ২৪॥**

শব্দার্থ·

মতিঃ—বুদ্ধি; ময়ি—ঐঙোন্দা; নিবদ্ধা—চঙথ্রবা; ইয়ম্—অসি; ন—নত্তে; বিপদ্যাতে—কায়নৈ; (ন বিপদ্যাতে—কায়নদে); কর্হিচিৎ—কদৌঙৈদা; প্রজা- জীবশিং; সর্গ—সৃষ্টি; নিরোধে—প্রলয়দা; (প্রজাসর্গনিরোধে- প্রজা শেম্বা মতমদা অত্থুগা প্রলয় তৌত্থুনা লৌশন্‌বা মতমদা); অপি—সু; স্মৃতিঃ—নীংশিঙবা; চ—অমসুং; মৎ—ঐগী; অনুগ্রহাৎ—থৌজান্দগী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ঐবু নীংবদা চঙথ্রবা বুদ্ধিদো কদৌঙৈদসু লংশেকপা ঙম্মোই। প্রজা সৃষ্টিগী মতমদসু অত্থুগা প্রলয়গী মতমদসু নঙগী নীংশিঙবদো ঐনা চান্‌বিবদগী অত্থুম মাঙলরোই।

নৈনরোল

পরমেশ্বর ভগবান্দা তৌবা ভক্তি সেবাদি অরেম্বদা থক মাঙদে। পরমেশ্বর ভগবান্‌দি নিত্য ওইবনা মাঙী সেবাদা চঙবা বুদ্ধি নত্রগা মাগী মরী লৈননা তৌবা থবক খুদিংমকসু নিত্য ওই। অসিগুম্না পরমেশ্বর ভগবান্দা তৌবা দিব্য সেবা মপোক মপোক্তা তুঙশল্লকরি অমসুং ভক্তত্থুনা

মমূন্ ফারবা মতমদা মানা তৌখিবা সেবাশিংদো পুল্লপ লাক্‌সল্লগা মতুনা মহাকপু ভগবান্‌গী পার্ষদ-লক্তা চঙবা ঙমহল্লী হায়বা বাসি শ্রীমদ্ভগবদগীতাদা হায়রি। ভগবান্দা তৌবা সেবা অসুম্না পুল্লনকপা অসে কদৌডৈদসু মাঙবা লৈতে, মাঙবদি লায়রতুনা মমূন ফাদ্রিবফাওবা অসুম হেঙ্গৎলকয়ি।

শ্লোক ২৫

এতাবদুক্ত্বোপররাম তন্মহৎ
ভূতং নভোলিঙ্গমলিঙ্গমীশ্বরম্।
অহঞ্চ তস্মৈ মহতাং মহীয়সে
শীর্ষ্ণাবনামং বিদধেঽনুকম্পিতঃ ॥ ২৫ ॥

শব্দার্থ

এতাবৎ—অসুম্না; উক্ত্বা—হায়রগা; উপররাম—লেপখি; তৎ—মতু; মহৎ—অচৌবা; ভূতম্—অঙকপা; নভঃ-লিঙ্গম—অতিয়াদা লৈবা মূর্ত্তিনা মাগী ওইবা: অলিঙ্গম্—চুম্নগী মীৎনা উবা ঙংদবা, ঈশ্বরম্—ঈশ্বরবু; অহম্—ঐ; চ—সু, তস্মৈ—মঙোন্দা; মহতাম্—অচৌবা; মহীয়সে—চাওরেন্-চাওবদা; শীর্ষ্ণা—কোক্না; অবনামম্—খুরুম্বা; বিদধে—তৌকখি; অনুকম্পিতঃ—মানা-চানবিরবা অমা ওইনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অসিফাওবা হায়বগা পুম্নমক শন্না লৈরিবা, উবদি ঙংদবা, ঈশ্বর শ্রীহরিদো বা ঙাঙবা লেপখরে। মহাক্না চানবিরবনি হায়তুনা ঐহাক্না নোল্লক্না মহাকপু খুরুমজবন্মী।

নৈনবোল

পরমেশ্বর ভগবানবু উদ্রবসু মখোন্দমক নাকোঙনা তারবদা ট্রবগা চপমান্নে। পরমেশ্বর ভগবান্না স্বর হোন্দোকপদা বেদ মরি পুথোকখিবনি; বেদগী খোম্বোক্না খোঙ ওইরগা মহাকপু উতুনা উপলব্ধি তৌনৈ। মতৌ অদুগুম্না ভগবদগীতাসে ভগবান্‌গী প্রতিনিধি ওইবা খোল্লি অদুনা ভগবানগা মাগী খোনগা অনীসিগী শক্তম্‌দা খেন্নবা লৈতে। বা হায়ববু, তত্তবা দিব্য-শব্দ (খোন) অদু শোনব্না ভগবানবু উবা অমদি নাকোঙনা তাবা ঙম্মী হায়বসিনি।

শ্লোক ২৬

নামান্যনন্তস্য হতত্রপঃ পঠন্
গুহ্যানি ভদ্রানি কৃতানি চ স্মরন্।
গাং পর্য্যটংস্তুষ্টমনা গতস্পৃহঃ
কালং প্রতীক্ষন্ বিমদো বিমৎসরঃ ॥ ২৬ ॥

শব্দার্থ

নামানি—মিং ময়াম; অনন্তস্য—ঙমখৈনাইদবা (শ্রীহরিগী); হত-ত্রপঃ—ইকাই-ইকি হন্দোক্তুনা; পঠন্—থীতুনা, পাতুনা; গুহ্যানি—অথুপ্পা; ভদ্রানি—ফনবগী ওইবা; কৃতানি—থবকশিং; চ—অমসুং; স্মরন্—নীঙশিংতুনা; গাম্—পৃথিবীদা; পর্য্যন্—কোয়তুনা; তুষ্টমনা—পুক্লীং-পেন্বা: গতস্পৃহঃ—প্রাকৃত ওইবা পোৎ পামত্রবা; কালম্—মতম; প্রতীক্ষন্—ঙাইতুনা; বিমদঃ—আপল লৈত্রবা; বিমৎসরঃ—কলক খম্বত্রবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতৌ অসুম্না ঐনা প্রাকৃত জগৎকী হৌনবী হায়বদি ইকাই-ইকি লোইনা থাদোক্লুনা হুনজন্ হুনজন্ থীহুনা ভগবান্গী মিং ময়াম শোনবা হৌখি। ভগবানগী দিব্য লীলাবু অসুম্না শক-শোন্দুনা নীংশিংবদি য়াইফনবগী মশক্নি। মতুম তৌনা তৌনা পুঙপেন পেনবা পুকচেনগা লোয়ননা লোয়ুক্লা অমসুং কলক-খম্বনবা পুম্বা থাদোক্লগা ঐনা পৃথিবী পুম্বদা কোয়চৎ চৎলম্মী।

নৈনরোল

নারদ মুনিনা মাগী লম্লাই পুন্সিনা খুদম ওইনা উৎলগা ভগবানগী থম্মোইশেংবা ভক্তগী পুন্সি করিনো হায়বদো ফজনা তাক্লি। অসিগুম্বা ভক্তনা ভগবানদগী নক্রগা মাগী অশেঙবা প্রতিনিধিদগী দীক্ষা লৌরগা ভগবান্গী যশঃ লীলা চাননা শোন্দুনা চৎলগা মী অতৈনা ভগবান্গী গুণ মহিমা মনাকোঙনা তাজবা য়াননবা পৃথিবী পুম্বদা কোয়রম্মী। অসিগুম্বা ভক্তশিংদি প্রাকৃত ওইবা পোৎ অমতা পামদ্রে। মখোয়গী অপাম্বা অমখতং লৈ, মহুদি ভগবান্গী নাক্তা হুনবা। অপাম্বসিনা মখোয়বু ভাইবদি মখোয়না প্রাকৃত ওইবা পোৎ পাম্বা থাদোক্ত্রিবা ফাওবা ভাই। মরমদি পুন্সিগী রাংলেন রাংবা পান্দম—ভগবান্গী নাক্তা হুনবা হায়বছু মখোয়গী পান্দম্নি। মখোয়না কনামতবু কল্লকলুবা লৈতে অহুগা ভগবানগী নাক য়ৌবদা মতীক চায়বনি হায়হুনসু নাপনজবা লৈতে। মখোযগী অমতা ভায়বা মথৌ হায়ববু ভগবান্গী নাম-যশঃ-লীলা শক শোন্দুনা নীংশিংবা অহুগা ভমজবা মতুং ইন্না মশাগী ওইজবা থিদবমথৈ ময়াম অতৈগীদমক ভগবানগী বাণীবু শন্দোবপা অহুতনি।

শ্লোক ২৭

**এবং কৃষ্ণমতের্ব্রহ্মন্নাসক্তস্যামলাত্মনঃ।**
**কালঃ প্রাদুরভূৎ কালে তড়িৎ সৌদামনী যথা॥ ২৭॥**

শব্দার্থ

এবম্—অসুম্না; কৃষ্ণমতেঃ—কৃষ্ণগী বাখন্দা পুমলুপ লুপ্পবা মীগী; ব্রহ্মন—হে ব্রাহ্মণ ব্যাসদেব; আসক্তস্য—হুকচনপ্রবগী; অমল-আত্মনঃ—মায়াগী অপাম্বনা থম্মোই মোৎত্রবা মাগী; কালঃ—শিবা (মৃত্যু); প্রাদুরভূৎ উৎলরে; কালে—মতমগী মতুং ইন্না; তড়িৎ—নোংথাঙ; সৌদামনী—য়াম্না লংবা; যথা—গুম্না।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অসুম্না, হে ব্রাহ্মণ ব্যাসদেব, মতমগী মতুং ইন্না ঐনা কৃষ্ণগী বাখন্দা লুপ্পবদা অহুগা মহুনা মরম ওইহুনা সংসারগী আসক্তি অমতা লৈত্রহুনা পুক্নীংগী অমকপা পক্ত্রবদা অতিয়াদা মতম অমতদা নোংথাঙগা মঙানগা অনী থোকমীন্নবগুম্না ঐগী (মৃত) শিবা ওইখি।

নৈনরোল

কৃষ্ণগী বাখন্দা পুঙলুপ লুপ্পা হায়বগী অর্থদি সংসারগী তমোৎপা হায়বদি অপাম্বা অমতা লৈত্রবা হায়বনি। য়াম্না শেল লৈবা মীনা পোৎচৈ মচা মগুবু পামদবগুম্না সচ্চিদানন্দময় রাজ্যদা শ্রীকৃষ্ণগী খুয়া শোয়দনা য়ৌরগদবা মাগী ভক্তসু লাই ফদিবীগুম্না হায়বদি অওইবগী মমি মানবা

অদুগা তুংকুইদবা সংসারগী পোৎচৈবু পামলুবা লৈব্রে। পরমার্থগী রাথলনা থল্লবা মীগী খুদমদি অদুনি। মতম শুরক্লবদা শুদ্ধভক্ত অমনা মপুঙফানা শেমশারবা মতমদা মকম খঙহৌদবমখৈ হুকচাঙ হোংবা অমা থোকই, মদুবু খ্বাই ময়াম্না শিবা হায়না কৌই। শুদ্ধ ভক্ত অমগীদমক্তি অসিগুম্বা অহোংবদু নোংখাঙগা চপ মান্নবা থোকই অদুগা মতম অমতদা মঙান অম্নম ঙাম্মোরকই। অদুগী অর্থদি ভক্ত অমনা মতম অমতদা ভগবান্‌গী ইচ্ছাদগী মাগী প্রাকৃত দেহদু হোংদোকপগা দিব্য দেহ অমা ফংঙী। শিত্রিঙৈগী মমাঙদদু প্রাকৃত ওইবা প্রেম শুদ্ধ ভক্তগীদি লৈতবা য়াওই, মরমদি মাগী দেহদো মৈদা ইকপা ঙাংশং-ঙাঙবা য়োৎকুম্না দিব্য দেহ ওনব্রে।

শ্লোক ২৮

**প্রযুজ্যমানে ময়ি তাং শুদ্ধাং ভাগবতীং তনুম্।**
**আরব্ধ কর্ম্মনির্ব্বাণো ন্যপতৎ পাঞ্চভৌতিকঃ॥ ২৮॥**

শব্দার্থ

প্রযুজ্যমানে—হাপ্লীববদা; ময়ি—ঐঙোন্দা; তাম্—মদু, শুদ্ধাম্—অশেঙবা, ভাগবতীম্—ভগবান্‌গী পার্ষদ ওইবগী মতীকচাবা; আরব্ধ—হান্নদগী হৌরক্লবা, কর্ম্ম—মহৈ-চানীংবা থবক; নির্ব্বানঃ কোক্লবা, ন্যপতৎ—থাদোকখি; পাঞ্চভৌতিকঃ—ভৌতিক মচাক মঙানা শাবা দেহ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ভগবানগী পার্ষদ ওইবগী মতীকচাবা অশেঙবা দিব্যদেহ অমা ঐঙোন্দা পীবিবদা ঐগী হান্নদগী হৌবকপা সকাম কর্ম্ম মুৎথিদুনা পঞ্চভূতনা শাবা ঐগী দেহদু কেন্‌খি।

নৈনবোল

নারদদু ভগবান্‌গী পার্ষদ (লোইন্) ওইবদা মতীক চাগদবা চিন্ময় দেহ অমা মঙোন্দা পীবি-রগনি হায়না শ্রীভগবান্না হায়বিরবদা মাগী ভৌতিক দেহদু হেক থাদোকপগা চিন্ময় দেহ অমা ফংখি। চিন্ময় দেহসি প্রাকৃত সম্বন্ধদগী লাম্মোক্রে, অদুগা নিত্য ওইবা, প্রাকৃতগুণ অহুমদগী নাম্মোকপা, অমসুং মহৈ-চানীংবা থবকশিংদগী মুক্তি যংবা হায়বা দিব্য গুণ অহুম অসি মঙোন্দা লৈরে। প্রাকৃত দেহদদি হায়রিবা গুণ অহুমনি মতম পুম্নমক্তা য়াৎতুনদা লৈ। ভক্ত অমনা ভগবান্‌গী সেবাদা হেক চঙবগা মাগী দেহদু দিব্য গুণশিংনা থল্লকয়ি। মতৌসি স্পর্শমণিনা যোংতা হেক শোকপগা তৌবগুম্বী। ভক্তিযোগগী প্রভাবসু অদু মঙায়। মরমদুনা ভক্তগী দেহ হোংবা হায়বগী অর্থদি শুদ্ধ ভক্তদুগী মথক্তা লৈরম্বা প্রকৃতিগী গুণ অহুমগী প্রভাব অদু লৈব্রে হায়বনি। শাস্ত্রশিংদা হায়রিবা মতৌসিগী খুদম য়াম্না ফংঙী। ধ্রুব মহারাজ অদুগা প্রহ্লাদ মহারাজনচিংবা ভক্তশিং কয়া মখোয় মখোয়গী লৈরিবা দেহদুমক্তদা পরমেশ্বর ভগবান্‌বু হুকথেংননা উখি। মসিগী অর্থদি ভক্তগী দেহগী গুণ অদু প্রাকৃত ওইবম্বদগী প্রাকৃত-নত্তবা ওল্লকয়ি হায়বনি। মসিনি মহাজন ওইবা গোস্বামীশিংগী প্রামাণিক ওইবা শাস্ত্রগী য়া মতুং ইন্না পুরম্বা মত। ইন্দ্রগোপ কৌবা তীল্লগী হৌরগা স্বর্গগী নিংথৌ ইন্দ্র ফাওবা জীব পুম্নমক কর্ম্মগী ম্যায়েল মখা পোল্লী অদুগা মখোয় মখোয়গী থবক্তী মহৈ ওইনা মুংঙাইবা য়াবা তৌদবা য়াদবনি। খ্বাই পুম্নমক্তী য়ায়েন-থৌবা

মকোক ওইরিবা শ্রীভগবান্‌গী মহৈ-থিদবা কৃপানা মাগী ভক্তদদি কর্ম্মফলগী অৱা-মুংঙাই হায়বসি ফংবা য়াওদে।

শ্লোক ২৯

**কল্পান্ত ইদমাদায় শয়ানেঽম্ভস্যুদন্বতঃ।**
**শিশয়িষোরনুপ্রাণং বিবিশেঽন্তরহং বিভোঃ॥ ২৯॥**

শব্দার্থ

কল্প-অন্তে—ব্রহ্মাগী নুমীৎ অমা লোইরবদা; ইদম্—মসিবু (লোক অহুম্); আদায়—লৌশিন্দুনা; শযানে—চেপ্লবদা, হীপ্লবদা; অম্ভসি—কারণ কৌবা লাইজদা; উদন্বতঃ—প্রলয়. শিশয়িষোঃ—চেপ্লিঙবা ভগবান্‌গী (নাবাযণগী), অনুপ্রাণম্—স্বর হোন্‌বা; বিবিশে—চঙলম্মী, অন্তঃ—মনুঙদা; অহম্—ঐ, বিভোঃ—ব্রহ্মাগী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কল্প লোইরবদা পরমেশ্বর ভগবান নারায়ণনা বিশ্বসি মাঙ-তাকহন্দুনা ঈশীংথক্তা চেপ্লবদা ব্রহ্মানা সৃষ্টিগী পোৎচঙ পুম্বগা লোযননা চঙবা হৌথি, মতুদা ঐসু ভগবান্‌গী হোন্‌ভল্লম্বা স্বরগা লোয়ননা মাগী মুংদা চঙলম্মী।

নৈনবোল

কৃষ্ণবু বসুদেবগী মচানুপানি হায়না খঙনবগুম্না নারদবুসু ব্রহ্মাগী মচানুপানি হায়না খঙনৈ। পরমেশ্বর ভগবান্‌সু অদুগা নারদ-কুম্বা মাগী ভক্তশিংসু মঙৎ অমতদা প্রাকৃত জগৎসিদা থোরকয়ি। ভগবদ্গীতানা হায়বা মতুং ইন্না, ভগবান্না পোকপা অমসু শান্নবা লীলাশিংদি দিব্য ওাক্তনি (প্রাকৃত নত্তে)। মরমসিনা মহাজনশিংগী মত মতুং ইন্না নারদনা ব্রহ্মাগী মচানুপা ওইনা পোকপসু দিব্য লীলা অমনি। মহাক্না থোবকপা অদুগা থ্‌পথিবা অনীমক শ্রীভগবান্না তৌবগুম্বনি। ভগবান্‌গা মাগী ভক্তশিংগদি আত্মা ওইনা মতম অমতদা অমতসু ওই অদুগা তোঙান তোঙান্নবনু ওই। মখোয় আত্মাগী তত্ত্ব অমতদা লৈবনি।

শ্লোক ৩০

**সহস্রযুগপর্য্যন্তে উত্থায়েদং সিসৃক্ষতঃ।**
**মরীচিমিশ্রা ঋষয়ঃ প্রাণেভ্যোঽহঞ্চ জজ্ঞিরে॥ ৩০॥**

শব্দার্থ

সহস্র—লীশীঙ অমা, যুগ—চহী ৪,৩০০,০০০; পর্যান্তে—লোইরবদা; উত্থায়—লেঙখৎতুনা; ইদম্—বিশ্বজগৎ; সিসৃক্ষতঃ—অমুক হন্না সৃষ্টি তৌনিঙথি; মরীচি-মিশ্রা—মরীচিনচিংবা ঋষিশিং; ঋষয়ঃ—ঋষিশিং, প্রাণেভ্যঃ—মহাক্কী ইন্দ্রিয়শিংদগী; অহম্—ঐ; চ—সু; জজ্ঞিরে—থোরকখি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সৌর বর্ষ (চহী) ৪,৩০০,০০০,০০০ কী মতুংদা ভগবান্না লেংখৎলগা সৃষ্টি অমুক তৌনীংলবদা মহাক্কী ইন্দ্রিয়শিংদগী মরীচি, অঙ্গিরা, অত্রিনচিংবা ঋষিশিংগা লোয়ননা ঐহাকসু থোরকখি।

### নৈনরোল

ব্রহ্মাগী পুন্সিগী নোংমদো চহী ৪,৩২০,০০০,০০০-না শাই। মসি ভগবদগীতাদসু হায়রি। হায়রিবা মতমসিদা ব্রহ্মানা মাবু পোকপা গর্ভোদকশায়ী বিষ্ণুগী হকচাঙ-মুংদা যোগনিদ্রাদা চেপ্পী। মতৌ অসুম্না ব্রহ্মাগী চেপ্পা মতমদুগী মতুংদা পরমেশ্বর ভগবাননা ব্রহ্মাবু অমুক সৃষ্টি তৌহন্নীংলক্লবদা ভগবানগী দিব্য দেহগী ইন্দ্রিয়শিংদগী মহা ঋষিশিং থোরকখি অদুগা শ্রীনারদসু থোরকই। মসিগী অর্থদি ঐখোয় মীওইবনা তুমলুরগা ঐখোয়গী হকচাঙদু পুদুনা হৌগৎলকপগুম নারদ মুনিসু মাগী চিন্ময় দেহদু পুদুনা অদুম থোরকই। শ্রীনারদদি ভগবান্গী প্রাকৃত অমসুং প্রাকৃত-নত্তবা সৃষ্টিশিংগী মনুংদা কোয়চৎ চৎপগী মনিঙ তম্বদো মতম পুম্নমক্তা ওই। মহাক্না মহাকী দিব্য দেহদা থোরকপা থুম্না অনীমক তৌবা ঙম্মী। দিব্য দেহদদি হকচাঙগা আত্মাগা অনী খেন্নবদু লৈতে হায়বদি মায়া-লাংদা থুরবা জীবশিংগুমদে।

### শ্লোক ৩১

**অন্তর্বহিশ্চ লোকাংস্ত্রীন পর্যেম্যস্কন্দিতব্রতঃ।**
**অনুগ্রহান্মহাবিষ্ণোরবিঘাতগতিঃ ক্বচিৎ ॥ ৩১ ॥**

### শব্দার্থ

অন্তঃ—মনুঙ (বৈকুণ্ঠগী); বহিঃ—মপান (প্রাকৃত জগৎ); চ—অমসুং; লোকান্—লোক (মরোল), ত্রীন্—অহুম; পর্যেমি—কোয়না চৎলি; অস্কন্দিত—তৎতবা; ব্রতঃ—ব্রত (সেবা); (অস্কন্দিতব্রতঃ—ভগবান্গী তৎতবা সেবা তৌবা ব্রত লৌবা মহাক); অনুগ্রহাৎ—চানবিবদগী; মহাবিষ্ণোঃ—মহাবিষ্ণুগী (কারণোদকশায়ী বিষ্ণুগী); অবিঘাত—অপন অথাক লৈতবা; গতিঃ—খোঙচৎ; ক্বচিৎ—মতম মতমদা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতমদুদগী হৌনা ঐহাক বৈকুণ্ঠগী মনুঙদা অদুগা মপানগী লোক মরোল অহুমদা ভগবান মহাবিষ্ণুগী কৃপানা অপন-অথাক য়াওদবা খোঙচৎতা মথম থুদিং চৎলি। মসিগী মরমদি ঐহাক্না ভগবানগী তত্তবা সেবা-ব্রতদু লৌবননি।

### নৈনরোল

প্রাকৃত জগৎকী উদ্ধলোক (ইরাং রাংবা লমদম), মধ্য লোক (মরক্কী লমদম) অদুগা অধো লোক মখা লম) কৌবা লোক অহুম লৈ হায়বসি ভগবদগীতাদা হায়রি। মসি হায়বগী অর্থদি ব্রহ্মলোক-কী মথক্তা বিশ্বজগৎশিংনা ওইবা প্রাকৃত আভরণ (কুম্ভা) ঙাক্লনি, অদুগী মথক্তা বৈকুণ্ঠ (প্রাকৃত নত্তবা হায়বদি দিব্য) আকাশ লৈ। বৈকুণ্ঠ আকাশ অসি পাক চাওবদা ঙমখৈ নাইদবনি; মসিদা মথন্তুনা ঙানজবা মশীং লাকঙমদবা বৈকুণ্ঠ লোকময়াম লৈ; লোকশিংসিদা ভগবান মশামক্না মাগী পার্ষদ ওইবা নিত্য মুক্ত (মতম পুম্বদা অরান খুভম ফংলবা) জীবাত্মাশিংগা লোয়ননা লৈমিন্নে। শক্তি পুম্বনা তিন্নবা ভগবান্না মাগী সৃষ্টিগী মনুংদা য়ৌনীংবা মফমদা য়ৌবগুম শ্রীনারদ মুনিনা প্রাকৃত জগৎতা অদুগা বৈকুণ্ঠ জগৎতা অপন-অথাক অমত্তা লৈতনা চঙবা ঙম্মী। প্রাকৃত জগৎতদি জীবশিংসে সত্ত্ব-রজঃ-তমঃ হায়বা প্রাকৃত গুণ অহুমসিগী মখা পোল্লি। অদুগা শ্রীনারদ মুনিবুদি প্রাকৃত গুণশিং অসিনা খুদুম চনবা ঙমদে। মরমসিনা মহাক মথম থুদিংদা অপন-অথাক য়াওদবমখৈ কোয়চৎ চৎপা ঙম্মী। মাদি মুক্ত ওইরবা শূন্যং-কোয়বা (space-man) অমনি। ভগবান্ বিষ্ণুগী মমল য়াওদবা থৌজাল্দি চাংদমঙাই লৈতবনি, অসিগুম্বা থৌজালসি মাগী কৃপানা মাগী ভক্তশিংদনা

ফংজৈ। মরমসিনা ভক্তশিংদি লৈখা থক তাদ্রে; অদুগা সংসারীশিংদি হায়বদি সকাম কর্ম্মীশিং অমসুং জ্ঞানীশিংদি মখোয় মখোয়গী প্রাকৃত গুণনা নমথুদুনা লৈখা তাই। মথক্তা পনগ্রিবা ঋষিশিংনা নারদ মুনিনা বৈকুণ্ঠ জগৎতা চঙবগুম্না চঙবা উমদে। ৱাফমসি নরসিংহ পুরাণ-দা হায়রি। মরীচিগুম্বা ঋষিশিংদি সকাম কর্ম্মগী মরমদা মরা চৎপা ঋষিনি অদুগা সনক-সনাতন-খোয়গুম্বা ঋষিশিংনা জ্ঞানগী মরমদা মরা চৎপা ঋষি ওাক্লি। শ্রীনারদ মুনিনা ভগবানগী দিব্য সেবা তৌবগী মরমদা মরা চৎপা মহাজন্নি। ভগবান্গী ভক্তি সেবাগী মরমদা মরা চৎপা মহাজন পুন্নমক নারদ-ভক্তি-সূত্রগী মতাঙদা শ্রীনারদ মুনিগী খুদুং ইনবা ওাক্তনি। মরমসিনা ভগবানগী ভক্ত পুন্নমক ভগবানগী বৈকুণ্ঠদা নীওজিং মাওজিংনবা লৈতবমখৈ চঙবা য়ারবা ওাক্লি।

## শ্লোক ৩২

**দেবদত্তামিমাং বীণাং স্বরব্রহ্মবিভূষিতাম্।**
**মূর্চ্ছয়িত্বা হরিকথাং গায়মানশ্চরাম্যহম্ ॥ ৩২ ॥**

### শব্দার্থ

দেব—পরমেশ্বর ভগবান্ (শ্রীকৃষ্ণ); দত্তাম্—পীনবিরম্বা; ইমাম্—অসিবু; বীণাম্—বীণা যন্ত্রবু; (ইমাম্ বীণাম্—বীণা অসিবু'; স্বর স্বর, ছন্দ; ব্রহ্ম—বেদগী ওই হায়দুনা হায়বদি দিব্য শব্দ নত্রগা ব্রহ্মনা; বিভূষিতাম্—লৈতেংলবা; মূর্চ্ছয়িত্বা—মূর্চ্ছনা-না আলাপ তৌদুনা; হরিকথাম্—শ্রীহরিগী লীলা-নচিংবা ৱারী; গায়মানঃ—অতৎ-অথম লৈতনা শক্লগা; চরামি—কোয়না চৎলী; অহম্—ঐহাক।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

পরমেশ্বর ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনা পীবিবা স্বর-ব্রহ্ম-না লৈতেংলবা বীণা কৌবী যন্ত্রসিদা মূর্চ্ছনাগা লোয়ননা আলাপ তৌর-তৌরগা হরিনামগুণ শোন্দুনা ঐহাক কোয়না চৎলি।

### নৈনরোল

ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনা নারদদা তারামরীপান্বা বীণা কৌবী যন্ত্র পীবিরম্বগী ৱাসি লিঙ্গপুরাণ-দা য়াওরি। ৱাফমসি শ্রীলজীব গোস্বামীনসু চুম্মি হায়রবনি। দিব্য ওইবা যন্ত্রসি শ্রীকৃষ্ণ অমসুং নারদগা অমতনি মরমদি অহুম্মকসে লোইনমক চপ মান্নবা দিবা ওাক্তনি। বীণা যন্ত্রসিদগী থোরকপা মখোন্দু প্রাকৃত নত্তে, মরমদুনা নারদগী যন্ত্রসিনা প্রচার তৌরিবা হরিগী লীলা অমদি গুণ মহি-মাশিংসু দিব্য ওাক্তনি, মখোয়দা প্রাকৃত মায়াগী মচু মচেং অমত্তাওবা পক্তে। ষ (ষড়্জ), ঋ (ঋষভ), গা (গান্ধার), ম (মধ্যম), প (পঞ্চম) ধ (ধৈবত), অমসুং নি (নিষাদ) কৌবা স্বর তরেৎসিসু দিবানি, অদুগা মখোয়সে থোইদোক্লা দিব্য ওইবা ঈশৈ শক্তবগীনি। ভগবান্গী বিশুদ্ধ ভক্ত অমা ওইনা শ্রীনারদদেবনা যন্ত্রসি দান ওইনা ফংজবগীদমক মতম পুম্বদা শ্রীভগবান্গী মফমদা লমন শিংজরি; মতৌ অসুম্না নারদনা ভগবান্গী দিব্য লীলা-গুণশিং তৎতনা শক্চরিবনি। মরমদুনা মহাক মহাক্কী ফিভম অরাওবসিদগী মচী অমত্তাওবা লেংদে। শ্রীলনারদমুনিগী মতৌ-তমদুনা প্রাকৃত জগৎসিদা আত্মা-উপলব্ধি তৌরবা মীনা, ভগবদ্গী তাদা হায়বগুম্না শ্রীহরিগী লীলাগুণ তত্তনা শোন্দুনা শ্রীহরিগী সেবাদা ষ, ঋ, গা, ম-অচিংবা স্বরশিংসে মরম্মচানা শীজন্নগ-বনি।

শ্লোক ৩৩

**প্রগায়তঃ স্ববীর্য্যাণি তীর্থপাদঃ প্রিয়শ্রবাঃ।**
**আহূত ইব মে শীঘ্রং দর্শনং যাতি চেতসি॥ ৩৩॥**

শব্দার্থ

প্রগায়তঃ—অসুম্না শক-শোন্দুনা, স্ববীর্য্যাণি—মশামক্কী লীলাশিং; তীর্থপাদঃ—অশেঙবা অমদি পুণ্য পুন্নমক্কী খোরকক্ষম ওইবা খোঙ থম্বালগী মপু ওইবা শ্রীভগবান্না; প্রিয়শ্রবাঃ—নাকোঙদা থুম্নবা; আহূত—কৌরুবা; ইব—মতৌগুম্না; মে—ঐঙোন্দা; শীঘ্রম্—থুনমক; দর্শনম্—উবা; যাতি—ওইরে; চেতসি—থম্মোযদা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মাগী গুণ অমসুং লীলা শ্রবণ তৌবদা থুম্নবা অহুগুম্বা পবমেশ্বর ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণদো মাগী পবিত্র-লীলাশিংহু ঐনা শকপা হেক হৌবগা কৌকবগী মতৌগুম্না খুদক্তা ঐগী থম্মোয় আসন্দা ফুঙ ফাওরক্লুনা দর্শন পীরৈ।

নৈনরোল

পরমেশ্বব ভগবান্দি মহাক্কী দিব্য নাম, রূপ, লীলা অহুগা মহু শোনবগী খোন, মখোয়শিংগা করিমতা খেন্নদে। শুদ্ধ ভক্ত অমনা ভগবান্ মাগী নাম, যশঃ অমদি লীলাশিংবু শ্রবণ, কীর্ত্তন অহুগা স্মরণ (নিঙশিংবা) হায়বা পবিত্র ভক্তিসেবা হেক তৌবগা খুদক্তা মহাক ভক্তহুগী থম্মোয়দা খোরক্লুনা উৎলগা শুদ্ধ ভক্তহুগী দিব্যচক্ষুদা উহল্লী। মরমসিনা ভগবানগী প্রেমভক্তিদা চঙলবা থম্মোয় শেংবা ভক্তনা মীৎকুপ খুদিংদা ভগবানবু উবা ফংজৈ। কনাগুম্বা মী অমগী মগুণ অহু অতোপ্পনা শীঙথাবকপা মনাকোঙনা তাজনিংঙি অহুগা লুংঙাইজৈ হায়বসে মীপুম খুদিংগী মতাংদা মহৌশানা ওইবা পূকচেল মতানি। মহু মহৌশাগী ওইবা মিহুল অমনি। ভগবান্সু অতৈগুম্না ব্যক্তি (মীপুম) অমা ওইবনিনা হায়রিবা মিহুল অসি চেন্দবা নত্তে, মরমদি মীপুম খুদিংনা চেল্লিবা মিহুল ময়ামসে পরমেশ্বর ভগবান্দগী মমি তারকপা ঙাক্তনি। খেন্নবা হায়ববু ভগবান্দি খোই-রেম্মোইবা ব্যক্তিনি অহুগা মাগী তৌথোবকপা থবক পুম্বদা ময়ামগা মান্নদবা নাইতোম শাংপা হায়বহু মহাক ওই। মবমসিনা শুদ্ধ ভক্ত অমনা ভগবান্গী মগুণ শক-শোন্বনা ভগবান্গী চিংলক্কনি হায়বসিদা করিমতা ঙরুঙাই লৈতে। মহাক্তি অদ্বয়তত্ত্বনিনা অহুগা মহাক্কা মগুণগা পোৎ অমতা ওইবনিনা মহাক্কা মগুণশিংগী মরক্তা খোরক্লুনা মশক উৎলবদি ইরায় লায়বা থবক্নি। শ্রীলনারদনা ভগবান্গী গুণমহিমা কীর্ত্তন তৌবদি নাবদ মশাগী লল্লাই কান্নবা অমতগী নত্তে; ভগবান্গা মাগী গুণমহিমাগা অমতা ওইবনা মরম ওইহুনা নারদনা ভগবান্গী গুণ শক-শোন্বনি। নারদ মুনিনা দিব্য কীর্ত্তন তৌহুনা ভগবান্গী মনুঙ ফাওনা চঙশল্লী।

শ্লোক ৩৪

**এতদ্ধ্যাতুরচিত্তানাং মাত্রাস্পর্শেচ্ছয়া মুহুঃ।**
**ভবসিন্ধুপ্লবো দৃষ্টো হরিচর্য্যানুবর্ণনম্॥ ৩৪॥**

### শব্দার্থ

এতৎ—মসি; হি—লেপ্পমক: আতুর-চিত্তানাম্—অবা-অনাগী চিন্তাপুরবা মীতাশিংগী; মাত্রা—ইন্দ্রিয়শিংনা পাম্বা পোৎশিং; স্পর্শ—ইন্দ্রিয়শিং; ইচ্ছয়া—পাম্বনা; মুহুঃ—মতম পুম্নমক্তা; ভবসিন্ধু—সংসার কৌবা সমুদ্র (ঈপাক); প্লবঃ—হি; (ভবসিন্ধুপ্লবঃ—সংসার-ঈপাকী লান্ন-হি); দৃষ্টঃ—উরে; হরিচর্য্যা—পরমেশ্বর ভগবান্গী লীলাশিং; অনুবর্ণনম্—তৎতনা শক্-শোন্বনা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ইন্দ্রিয়শিংনা মখোয়গী অপাম্বা পোৎশিংদু শন্ননীংবনা মতম পুম্নমক্তা চিন্তা-পুরবা মীতাশিংনা যৃৎ-চাবা হি অমদা তোংলগা সংসার-ঈপাক অসে লান্থোকপা ঙম্মী হায়বদো ঐ ইশামক্লা খঙলে। মতীক-চাবা হিরেন অদুদি পরমেশ্বর ভগবান্গী দিব্য-লীলা গুণ থিবিকপু শক্-শোন্বা হায়বদুনা ওইরিবনি।

### নৈনবোল

জীব খুদিংমক মতম খরতা ওইরবসু তুমিন্না লৈবা ঙমদবসি জীব ওইবগী লক্ষণ্নি। মহাক কৈনোমা তৌগনি নত্রগা কৈনোমা খন্গনি নত্রগা কৈনোমগী মরমদা বা ঙাঙগনি। অন্যাম্বা সংসারীশিংনা মখোয়গী ইন্দ্রিয় পেন্নবগী ওইবা হীরমদমক খল্লি অদুগা নৈনৈ। মখোয় অয়াম্বসে বহিরঙ্গ মায়া-শক্তিনা খুদুম চল্লবা মতমদদা তৌবা থবক্লিনা ইন্দ্রিয়-পেন্নবা থবকশিংসিনা সংসারীশিংবু পেলহন্বা ঙমদে। পেলহন্বগী মহুত্তা মখোয়না চিন্তাগী মরমদুম ওই। মসিবু মায়া নত্রগা নত্তবা হায়বদু কৌয়ি। পেলহন্নবগী শক্তি-চেন্দবা পোৎপু পেলহন্-ঙম্বা পোৎনি হায়না লৌনৈ। মরমদুনা, ইন্দ্রিয়-পেন্নবগী দমক লেল্লিবা অদুগা নীঙবদি কায়রবা জীবশিংগী অপেন্বা হায়বদুদি ভগবান্গী লীলা-গুণ শোল্লগদা যংগদবনি হায়বসে শ্রীনারদ মুনিনা মশামক্লা খঙজরকপদগী হায়রি। বা হায়ববু, খন্গদবা তৌগদবা হীরমদমক হোংদোক্কদবতনি। কনাগুম্বা মী অমতনা জীবশিংগী বাখল খন্বা, অনুভব তৌরিবা, পাম্লিবা অদুগা থবক তৌরিবা অমত্তা তোকহন্বা ঙমদে। অদুনা কনাগুম্বা মীনা অশেঙবা নুংঙাইবা (প্রকৃত আনন্দ) হায়বদু পান্নবদি মানা পাম্লিবা হীরমদুদমক হোংদোক্লগা লোইরে। শিংবা নাইবা মী অমনা তৌবা রাজনীতিগী মরমদা ঙাঙগদবগী শক্তকপুদি ভগবান্ মশামক্লা তৌবা শাসনগী রাজনীতি নৈনবা য়াই। সিনেমাগী কলাকারশিংনা তৌবা থবকশিংদুগী মহাও তংবগী মহুত্তা নিত্য পবিষদ গোপীশিং অমসুং লক্ষ্মীশিংগা লোয়নরগা শ্রীভগবান্না শান্নবা লীলাগী রস চুপ্পরোমদা পুক্লীং থিংজন্বা য়াই। শক্তিপুম্বনা তিল্লবা পরমেশ্বর ভগবান্না, মশাগী ওইজবা য়াওদবা কৃপাদগী, মর্ত্যধামদা কুমথবিরক্লে অদুগা মীওইবনা তৌবা মওংদা লীলা শান্নবীররে। তৌবদবু মী খ্বাইগদি মান্নদবা মওংদা শান্নবনি, মরমদি মহাক্তি শক্তি পুম্বগী মপুনি। মহাক্না অদুম্না তৌরবগী মরমদি মায়া-লাংদা থুরবা জীবাত্মাশিংগী য়াইকনবগীদমক্তি, মরমদি মাগী লীলা উবগা মীওইবনা অন্নান্-খুভমগী মায়কৈদা মপুক্লীং থুংনবগীনি। মদুম তৌরগা মায়া-লাংদা থুরবা মীনা অসুম অসুম দিবাপদ অমদা কাখৎচরকুনা অবাবগী থোরককম ওইরিবা সংসার ঈপাকপু লায়না লান্থোকপা ঙমগনি। বাফমসি শ্রীনারদ মুনিগুম্বা মবাচংবা মহাজন অমনা মশামক্লা ফংলকপা অভিজ্ঞতাদগী হায়রিবনি। ভগবান্গী য়োনা চাল্লবা ভক্ত মহামুনি অসিনা হায়রিবসি ইন্বা হৌরবদি মহাক্লা ফংলিবা অসিমক ঐথোয়সু ফংগনি।

### শ্লোক ৩৫

**যমাদিভির্যোগপথৈঃ কামলোভহতো মুহুঃ।**
**মুকুন্দসেবয়া যদ্বত্তথাত্মাদ্ধা ন শাম্যতি ॥৩৫॥**

শব্দার্থ

যম-আদিভিঃ - ইন্দ্রিয় খুত্থম চন্নবা উপায়শিংনা; যোগপথৈঃ—অঙ্গ নিপালগী যোগ পাম্বৈনা; কাম —ইন্দ্রিয় পেন্‌ববু পাম্বা; লোভ—মিহৌবা; হতঃ—হাংলবা; (কামলোভহতঃ—কামগা লোভগনা তুহংলবা); মুহুঃ-তংতনা; মুকুন্দ—শ্রীভগবান্ কৃষ্ণ, সেবয়া—নীংবনা; (মুকুন্দসেবয়া—শ্রীকৃষ্ণ সেবা তৌবনা); যদ্বৎ-মতুগুম্না; তথা—মতুগুম্না; আত্মা—পুক্নীং, অদ্ধা—হকথেংনা, সাক্ষাৎ ওইনা, ন--নত্তে; শাম্যতি-ঈংভি; (ন শাম্যতি- ঈংদে, তোক্তে)।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতম পুম্নমক্তা ইন্দ্রিয পেনবা পাম্বনা অমদি মিহৌবনা নৈহংলবা পুক্নীংদো শ্রীকৃষ্ণসেবানা সাক্ষাৎ নেমহন্‌বগুম যম নিযম-নচিংবা অষ্টাঙ্গযোগনা শান্ত ওইহন্‌বা ঙমদে।

নৈনরোল

যোগগী পান্দমদি ইন্দ্রিয়শিংবু খুত্থম চন্‌বনি। যম, নিয়ম, আসন, প্রাণায়াম, প্রত্যাহাব, ধারণা, ধ্যান, সমাধিনচিংবা অঙ্গ নিপালগী যোগ সাধন তৌরগা কনাগুম্বগী মন বু লাক্‌শন্‌বা ঙম্মী। ইন্দ্রিয়শিংবু হু-পান্‌বা লিলগুম্বনি হায়নৈ; যোগমার্গদি মখোয়বু লাকথুনবগীদমক্নি। অমরোমদনা, শ্রীনারদমুনিনা ইন্দ্রিয়-খুত্থম চন্নবগী পাম্বৈদি মুকুন্দসেবানি হায়না তাক্নি। মহাক্না তৌরগা খঙলত্থনা হায়রি—ইন্দ্রিয় লাকশনবগী থবক্তা খুৎশেমগী উপায়দগীদি শ্রীকৃষ্ণগী প্রেমসেবা তৌবা হায়বসিনা মহৈ হেন্না য়ান্‌গনি অত্থগা পাঙথোকপস্থ লায়গনি। ভগবান্ মুকুন্দ সেবাদা ইন্দ্রিয়শিংনা মাথা কাউথোক্না চঙশন্‌বা য়াই। মতৌ অসুম্না মখোয়গী ইন্দ্রিয়পেন্নবা থবক্তা পুক্নীং চঙনবগী তাঙ্গা কংত্রে। ইন্দ্রিয়শিংনা করিনো অমা তৌবা পাম্মী। খুৎশেমগী পাম্বৈনা মখোয়বু থিংনবা তৌবদি থিংনবগা চপ মান্নে, মরমদি ভোগ তৌনবগী তাঙ্গা অমতং হেক লাকপদা লিল-গুম্বা ইন্দ্রিয়শিংনা মত্থগী খুদোং-চাবত্থ শোযদনা লৌগনি। বিশ্বামিত্র মুনিনা মেনকাগী শক্লাংদা থুরুবগুম্বা খুদম অসিগুম্বা কয়া ইতিহাসতা লৈ। অত্থবু ঠাকুর হরিদাসবু অহিং নোংয়াই-চবুক্তা ফিজোন্ কক্তনা শেৎপী মায়াদেবীনা কাইহৌরম্মী, অত্থমক্তদা মায়াদেবীনা মহৎভক্তত্থবু মাগী লাংদা থুহন্‌বদি ঙমখিদে।

বা মরু হায়ববু, ভগবানগী প্রেম-সেবা নত্তবদি যোগমার্গনা নত্তগা চগংনবা জ্ঞানমার্গনা কদৌঙৈদস্থ মহৈ য়ান্‌বা ঙম্লোই। কর্ম্ম, জ্ঞান অমদি যোগ মার্গগী মচু মচেৎ অমকাওবা য়াওত্রবা ভগবান্‌গী শুদ্ধ প্রেমতনা আত্মা-উপলব্ধি কংনবগী লম্বী মকোক্নি। অসিগুম্বা প্রেম-সেবাদি মওং-মতৌদা প্রাকৃত নত্তে, অত্থগা যোগ অমসুং জ্ঞান মার্গদি মসিগী মখা পোন্‌বনি। প্রাকৃত-নত্তবা ভক্তিমার্গসি ৰরিগুম্বা মথা-পোন্‌বা মার্গ অমগা তিন্নরবা মতমদা ভক্তিমার্গত্থ অপ্রাকৃত অমুক ওইত্রে, মত্থবু য়াম্নরবা (মিশ্র) ভক্তি কৌরে। শ্রীমদ্ভাগবতম্‌গী গ্রন্থকর্ত্তা শ্রীলব্যাসদেবনা ভগবদ-অনুভূতিগী মার্গ মখল মথেল লৈরিবশিংসি মথং মথং মাগী লাইরিক্তা শোক্লক্‌খিনি।

শ্লোক ৩৬

সর্বং তদিদমাখ্যাতম্ যৎ পৃষ্টোঽহং ত্বয়ানঘ।
জন্মকর্মরহস্যং মে ভবতশ্চাত্মতোষণম্ ॥ ৩৬ ॥

### শব্দার্থ

সর্ব্বম্—পুম্বা; তৎ—মতু; ইদম্—মসি; আখ্যাতম্—লীরম্মী; যৎ—মচু; পৃষ্টঃ—হংলিবা; অহম্—ঐভোন্দা; ত্বয়া—নঙনা; অনঘ—পাপ চঙদবা; জন্ম—পোকপা; কর্ম্ম—থবক; রহস্যম্—অথুপ্পা; মে—ঐগী, ভবতঃ—নহাক্কী; চ—অমসুং; আত্মা—নশা; তোষণম্—পেনবা, (আত্মাতোষণম্—নশাগী পেন্নবা)।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে পাপ চঙদবা ব্যাসদেব, নহাক্না ঐভোন্দা হংবা ঐগী পোকপগী অমসুং তৌথিবা থবক্কী অথুপ্পা রা (আত্মা উপলব্ধিগী রা) অদুগা নহাক্কী পুক্নীং মুংঙাইতবা কোক্লবগী মরম ওইবা রা পুন্নমক ঐনা হায়রবনি।

### নৈনরোল

ভক্তি সাধনগী মরমদা ।হৌবদগীনা আত্মা উপলব্ধি তৌবা ফাওবগী মরমদা ব্যাসদেবনা খঙনীঙ-লম্বা পুম্বা চপ চানা ব্যাখ্যা তৌরে। সৎসঙ্গনা ভক্তিলতাগী মরু করম্মা হুনথিবা অদুগা ঋষিশিংগী রা শ্রবণ তৌবদগী করম্মা মরুশিংদুনা পামেল ওইদুনা মহৈ য়াল্লকপা হায়বদো শ্রীনারদদেবনা ব্যাখ্যা তৌদুনা তাক্লে। অসুম্না শ্রবণ তৌবগী ফল-দি সংসারদগী হন্দোকপা হায়বদুনি, হন্দোকপসি বয়া কম্না হন্দোকপগে হায়ববু পীক্লবা অঙাঙ অমনা মহাক্কী অমতা ঙায়ক্লবা অভিভাবিকা মমাদু শিবগী মপাওবু ভগবান্গী আশীর্ব্বাদনি হায়না লৌবা ঙম্মী। মমা শিবগী খুদক অদুতদা ভগবানবু থিরুনবগী তাঙ্গাদু লৌথি। অদুদগী ভগবানবু উবা ফংনীংবা অশেঙবা পুক্নীং-ইনশীন্ অমসু মঙোন্দা পীনবিথি, ঐখোয়গী চুম্নগী মীৎসিনা ভগবানগী দর্শন ফংবা ওইথোক্তে হায়রবসু। মতুংবা ভক্তি সেবা তৌবনা মপোক কয়াগী তুঙশল্লকপা কর্ম্ম ফলদগী নাম্বোকপা য়াই হায়বসে অদুগা মহাক্কী প্রাকৃত দেহদু করম্মা দিব্য দেহ ওনখি হায়বা অদুসু মহাক্না ব্যাখ্যা তৌদুনা তাকখি। দিব্য দেহতনা ভগবান্গী দিব্য ধামদা চঙবা য়াই অদুগা শুদ্ধ ভক্ত নত্তনা কনামতনা ভগবান্গী রাজ্যদা চঙবা মতীক ওইদে। আত্মা-উপলব্ধিগী অথুপ্পা রা পুম্বা নারদ মুনি মশামক্লা চপ-চানা ব্যাখ্যা তৌই। মরমদুনা অসিগুম্বা মহাজন অমদগী শ্রবণ তৌদুনা বেদশিংগী মশামক্তা য়াওদবা ভক্তিগী ওইবা পুন্সি ফলগী মরমদা খরা ঐখোয়না খঙবা ঙম্মী। বাকমসি বেদ অমসুং উপনিষদ্-শিংদা নাকোয়ননা ইঙ্গিত ওইনদা য়াওই। মখোয়দুদা করিমত্তা অহায়নবা য়াওনা হায়দে। মরম অদুনা শ্রীমদ্ভাগবতম্সে বৈদিক সাহিত্য পামেল পুন্নমক্কী অমুনবা উহৈনি।

### শ্লোক ৩৭

সূত উবাচ

**এবং সম্ভাষ্য ভগবান্নারদো বাসবীসুতম্।**
**আমন্ত্র্য বীণাং রণয়ন্ যযৌ যাদৃচ্ছিকো মুনিঃ ॥ ৩৭ ॥**

### শব্দার্থ

সূতঃ—সূত গোস্বামী; উবাচ—হায়রম্মী; এবম্—অসুম্না; সম্ভাষ্য—ঙাওনম্নগা; ভগবান্—যোগ শক্তি লৈরবা; নারদঃ—নারদ মুনি; বাসবী—বাসবী কৌবী (সত্যবতী); সুতম্—মচানুপাদা;

(বাসবীসুতম্—সত্যবতীগী মচানুপাদা); আমন্ত্র্য—চৎলগে হায়দুনা হায়রগা; বীণাম্—বীণা যন্ত্র; রণয়ন্—খোঙলগা; যযৌ—চৎখি; যাদৃচ্ছিকঃ—সিমক তৌরগে হায়বগী ৱারেপ লৈতবা; মুনিঃ—মুনিনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সূত গোস্বামীনা হায়রম্মী—মতৌ অসুম্না ব্যাসদেবদা ঙাঙলম্লগা শ্রীলনারদ মুনিদো মঙোন্দগী বিদায় লৌরম্মী অদুগা বীণা খোঙলদুনা চৎনীঙবা মফমদা চৎপগীদমক খোঙশানখি।

নৈনরোল

জীব খুদিংমক মপুঙ-ফাবা নীংতম্বগীদমক খোয়রাংনৈ মরমদি মদু মহাক্কী দিব্য স্বভাবনি। নীংতম অসে ভগবান্গী সেবা তৌরবদদা ফংঙী। বহিরঙ্গ শক্তিনা ঙাওহন্দুনা মী খুদিংমক মশা মশাবু মনীং তম্বনি হায়না খল্লৈ, অদুবু তশেংবা হায়রগদি, মহাকপু প্রকৃতিগী নিয়ম্মা অফা-অপুন্নরি। মায়া লাংদা থুববা মীদি মালেমথকসিদা ফাওবা মফম অমদগী মফম অমা তান্না অপন-অরাক য়াওদবমখৈ চৎপা ঙমজদে। অদুনদি গ্রহ অমদগী গ্রহ অমদা চৎপগী ৱাদি করি হায়রুগনি? অদুবু মপুঙ ফানা নীংতম্লবা নারদমুনিগুম্বা জীবাত্মাদি মতম পুম্বদা ভগবানগী গুণ শক শোন্দুনা লৈবনিন। নীংতম্না চৎপদু পৃথিবী অসিদদা নত্তনা বিশ্বজগৎকী শন্নক খুদিংমক্তা অমদি বৈকুণ্ঠ আকাশগী মফম অমদস্থ অমদস্থ মনীংতম্না চৎপদা অথিংবা লৈতে। মহাক্কী মনীং তম্বসি কম্না য়াম্না তম্বা ঙম্বগে হায়বদো ঐখোয়না কল্পনা তৌবদি য়াই, মহাক্কী মনীং মতমদি পরমেশ্বর ভগবানগীগা চপ মান্নৈ। মহাক্না কোয়চৎ চৎপসিগী মরম থোইদোকপা লৈতে অদুগা চৎতবা য়াদে হায়বগী ৱাস্থ লৈতে অদুগা কনাম্রতনা মানা মনীং তম্না কোয়রিবসি থিংবস্থ ঙমদে। মতৌ অসিগা চপ মান্নবা ভক্তিমার্গস্থ অপন অরাক লৈতবা মার্গ অমনি। কনাগুম্বনা সাধনগী নিয়ম সূত্র লোইনমক ইন্দুনা চৎলবা মতুঙদা ফাওবা মীদুদা প্রেম ভক্তি পোকপা য়াই পোক্তবা য়াই। অসুম্না ভক্তগা তৌবা সঙ্গস্থ অপন অরাক চঙদবা সঙ্গনি। ভক্ত-সঙ্গসি লাইবক ফবা কনানা ফংবা য়াই, অদুগা কনাগুম্বনা লক্ষারক হোৎনদুনস্থ সুকফং ফংদবা য়াই। মরমসিনা ভক্তিগী লম খুদিংমক্তা নীংতম্বা হায়বসিনা ভরেংয়োংকুম লৈরিবনি। নীংতপবু য়াওব্রবদি ভক্তিযোগ হায়বদু লৈত্রবনি। ভগবান্গী মফমদা ভক্তগী নীংতম কখোক্লে হায়বগী অর্থদি ভক্তদু হীরম পুম্নমক্তা নীংতমদ্রে হায়বা নত্তে। শ্রীগুরুনা লংলবা খোঙ ওইদুনা ভগবান্দা শরণ তৌবদি (চঙজবা, কৎথোকচবদি) পুক্নিদা মপুঙ ফাবা নীংতম ফংননবনি।

শ্লোক ৩৮

**অহো দেবর্ষির্ধন্যোঽয়ং যৎকীর্ত্তিং শার্ঙ্গধন্বনঃ।**
**গায়ন্মাদ্যন্নিদং তন্ত্র্যা রময়ত্যাতুরং জগৎ ॥ ৩৮ ॥**

শব্দার্থ

অহো—জয় ওইসনু; দেবর্ষিঃ—লাইয়ামলক্তা ওইরিবা ঋষি; ধন্যঃ—মহৈ য়াল্লবনি; অয়ম্-যৎ—মহাক হায়রবসিনা; কীর্ত্তিম্—মিংচৎপু; শার্ঙ্গধন্বনঃ—শ্রীহরিগী; গায়ন্—শক শোন্দুনা; মাদ্যম্—হরাওদুনা; ইদম্—অসি; তন্ত্র্যা—খুৎলাইনা; রময়তি—নুংঙাইহল্লি; আতুরম্—ৱারবা; জগৎ—তাইবংপানবনু।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

আহা ! হরিকীর্ত্তনদা লুপ্লবা নারদ মুনিসে লাইবকফবা অমনি, মরমদি মহাক শার্ঙ্গধনু-পায়বা ভগবান্ শ্রীহরিগী যশঃ গুণবু মহাক্কী বীণা যন্ত্রদা শক-শোন্দুনা মপূক্লীং হয়াওনা বিষয় ভোগগী মৈচাক্লা চাক্লবা বিশ্বজগৎপু কৃষ্ণপ্রেমগী আনন্দ ফংহল্লগা নুংঙাইহল্লি।

নৈনরোল

শ্রীনারদ মুনিনা ভগবান্‌গী লীলাগুণ থাগৎলগা শোন্নবা অদুগা জগৎকী অৱাবগী মৈচাক ফংলিবা জীব পুম্বগী মৈচাক কোকহন্নবা হায়দুনা মাগী বীণা যন্ত্র খোংভি। জগৎসিদা কনামতা নুংঙাইতে,ময়াম্না নুংঙাইবনি হায়রিবদো মায়াগী লাংনি। ভগবান্‌গী মায়া-শক্তিনা কয়ামুক কন্‌বগে হায়ববু থী-য়ুং মরক্তা ওন্থোইরিবা ওক অদুম্ নুংঙাইজৈ। কনাগুম্বা অমতনা প্রাকৃত জগৎসিদা শেংনা নুংঙাইবা হায়বদো ফংদে। শ্রীলনারদ মুনিনা জগৎকী জীবশিংবু মীৎকপ থোকহনগে হায়বগীদমক কোয়চৎ চৎলি। মাগী মথৌদি জীবশিংবু ময়ুমদা হায়বদি ভগবান্‌গী নাক্তা হল্লক্-হন্নবা তৌবনি।

অস্মুম্না ব্রহ্মসূত্র ভাষ্য শ্রীমদ্ভাগবতম্‌গী অহান্‌বা স্কন্ধদা ব্যাসনারদসংবাদঃ কৌবা তরুকগুবা অধ্যায়গী ভক্তিবেদান্ত নৈনরোল লোইরে।

# তরেৎশুবা অধ্যায়

## দ্রোণগী মচানুপাবু দণ্ডি তৌবা

শ্লোক ১

**শৌনক উবাচ**
**নির্গতে নারদে সূত ভগবান্ বাদরায়ণঃ।**
**শ্রুতবাংস্তদভিপ্রেতং ততঃ কিমকরোদ্বিভুঃ ॥ ১ ॥**

শব্দার্থ

শৌনকঃ—শ্রীশৌনক; উবাচ—হায়রকয়ি; নির্গতে—চৎথ্রবদা; নারদে—শ্রীনারদ মুনিনা; সূত—হে সূত; ভগবান্—শক্তি-চেন্‌বা, বাদাবায়ণঃ-বেদব্যাসনা; শ্রুতবান্—নাকোঙনা তাকরবা; তৎ—মহাক; অভিপ্রেতম—নীংবা; (তৎ-অভিপ্রেতম্—মহাকী অনীংবা); ততঃ—অতুগী তুংদা; কিম্—করি; অকরোৎ—তৌখি; বিভুঃ—অচৌবা মহাক্না।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ঋষি শৌনকনা হংলম্মী—হে সূত, পূঙথং-থঙবা ভগবান্ ব্যাসদেবনা শ্রীনারদ মুনিদগী ৱা লোইনা শ্রবণ তৌখরে। মরমদুনা নারদনা লেঙথ্রবা মতুংদা শ্রীব্যাসদেবনা করি তৌখি?

নৈনরোল

অধ্যায়সিদা শ্রীমদ্ভাগবতম্ ইবগী লংলা-লংজিন্ লৌথৎলি, মরমদি মহারাজা পরীক্ষিৎপু মমা-বেম্মাগী গর্ভমুংদা অঙকপা মওঙদা কন্‌খি। মসি আচার্য্য দ্রোণগী মচানুপা দ্রৌণিনা (অশ্বথামা-না) থোকহনখিবনি। মহাক্না দ্রৌপদীগী মচানুপা মঙাবু তুম্লিঙৈদা হাৎখি, মতুগীদমক মহাকপু অর্জুনা চৈরাকখি। শ্রীমদ্ভাগবতম্ কৌবা মহাকাব্যসি ইবা হৌগদবগী মমাঙদা ভক্তিগী সমাধিদা চঙলগা অওইবা ৱাতু থঙখি।

শ্লোক ২

**সূত উবাচ**
**ব্রহ্মনদ্যাং সরস্বত্যামাশ্রমঃ পশ্চিমে তটে।**
**শম্যাপ্রাস ইতি প্রোক্ত ঋষীণাং সত্রবর্ধনঃ ॥ ২ ॥**

শব্দার্থ

সূতঃ—শ্রীসূত; উবাচ—হায়রম্মী; ব্রহ্মনদ্যাম্—বেদ, ব্রাহ্মণ, ঋষি অমসুং পরমেশ্বর ভগবানগা মমুঙ হৈনবা (অন্তরঙ্গ ওইনা) মরী লৈনবা তুরেলগী মপান্দা; সরস্বত্যাম্—সরস্বতী তোর্বান্দা; আশ্রমঃ

—ধ্যান তৌফম খাংপোকশঙ; পশ্চিমে তটে—নোংচুপ থংবা তোর্বান্দা; শম্যাপ্রাসঃ—শম্যাপ্রাস কৌবা মফম; ইতি—অসুম্না; প্রোক্তঃ- হায়নবা; ঋষীণাম্—ঋষীশিংগী; সত্রবর্ধনঃ—কর্ম্ম হেন্জংহন্নাই ওইবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সূতনা হায়রম্মীঃ— বেদ-ব্রাহ্মণশিংগা মরী লৈনবা সরস্বতীগী নোংচুপথংবা তোর্বান্দা, দিব্য-কর্ম্ম চাওখৎহন্নবা ওইরিবা শম্যাপ্রাস কৌবা মফমদুদা আশ্রম (ধ্যান-খাংপোক) অমা লৈ।

নৈনবোল

আধ্যাত্মিক জ্ঞান চাওখৎনবগীদমক মতিকচাবা মফম অমসুং ইরাং লেপ্পমক চঙদবা য়াদে। মরমসিগীদমক্তি সরস্বতীগী নোংচুপথংবা তোর্বান্দা লৈবা মফমদো থোইদোক্না চুনবা মফম্নি। শম্যাপ্রাসদা ব্যাসদেবগী আশ্রম লৈ। শ্রীলব্যাসদেবদি য়ুম্বানবা অমনি (গৃহস্থনি), অদুবু মাগী ময়ুম্দুদি আশ্রম কৌই। আশ্রম হায়বসে আধ্যাত্মিক চর্চ্চানা (নৈনবা) মরুওইনা তৌবা থবক্কী মফম্নি। মফমদু গৃহস্থগীবু ওইরবসু নত্রগা সন্ন্যাসীগীবু ওইরবসু করিমতা কায়দে। বর্ণাশ্রম থায়রম্বগী মরমদি পুন্সিগী থাক থুদিং-মকপু আশ্রম অমমম ওইহনবগীদমক্নি। হায়রিবসিগী অর্থদি আধ্যাত্মিক চর্চ্চা তৌবা হায়বসে ময়াম পুম্নমক তৌগদবনি হায়বনি। ব্রহ্মচারী, গৃহস্থ, বানপ্রস্থ অমদি সন্ন্যাসী হায়রিবা লোইনমক্কী পুন্সি লক্ষ্যদি পরমেশ্বর ভগবানবু ফংবা হায়বসিনি। আধ্যাত্মিক চর্চ্চাগী বা লাক্লবদি মথোয়শিংসিগী কনামতনা হস্থনা মরু-ওইবা হায়বদু নত্তে। খেন্নবা হায়বসি ত্যাগ (থাদোকপা) তৌবগী মতাঙদা অদুক মওঙ অমা থম্বগী রাতনি। চাননা পুমথা থাদোকপা ওম্বগী মরম্না সন্ন্যাসীশিংবু য়াম্না রাংনা খনখিবগী রাতনি।

শ্লোক ৩

**তস্মিন্ স্ব আশ্রমে ব্যাসো বদরীষণ্ডমণ্ডিতে।**
**আসীনোঽপ উপস্পৃশ্য প্রণিদধ্যৌ মনঃ স্বয়ম্ ॥ ৩॥**

শব্দার্থ

তস্মিন্—(আশ্রম) অদুদা; স্বে—মশামক্কী; আশ্রমে—শঙদা; ব্যাসো—ব্যাসদেব; বদরী—বোরোই; ষণ্ড—পাম্বী; মণ্ডিতে—কোয়শন্দুনা লৈতেংলিবা; (বদরীষণ্ডমণ্ডিতে—বোরোই পাম্বী পুম্বনা কোয়-শন্দুনা লৈতেংলিবা অদুদা); আসীনঃ—ফম্লিবা; অপঃ—ঈশীং; উপস্পৃশ্য—শোক্লুনা হায়বদি আচমন তৌদুনা; প্রণিদধ্যৌ—চপ লেপখি; মনঃ—পুক্নীং; স্বয়ম্—মশামক।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

বোরোই পাম্বীশিংনা কোয়শন্দুনা লৈতেংলিবা আশ্রম অদুদা শ্রীব্যাসদেবনা ফম্লগা ঈশীং শোক্লুনা হায়বদি আচমন তৌদুনা ফম্লগা ধ্যান তৌখি।

নৈনবোল

ব্যাসদেবনা মাগী গুরুদেব নারদমুনিগী পাওত্তাক মতুং ইন্না আশ্রমদুদা ধ্যান তৌখি।

শ্লোক ৪

**ভক্তিযোগেন মনসি সম্যক্ প্রণিহিতেঽমলে।**
**অপশ্যৎ পুরুষং পূর্ণং মায়াঞ্চ তদপাশ্রয়ম্॥ ৪॥**

শব্দার্থ

ভক্তিযোগেন—ভক্তিনা সম্বন্ধ থমচুনা; মনসি—পুক্নীংদা; সম্যক্—মপুঙ ফানা; প্রণিহিতে—লেঙদবমখৈ থিংজনবদা; অমলে—মোত্তবা; অপশ্যৎ—উরম্মী; পুরুষম্—পরমেশ্বর ভগবানবু; পূর্ণম্—শক্তিপূম্বনা মপুঙফারবা; মায়াম্—মায়াবু (বহিরঙ্গাশক্তিবু); চ—সু; তৎ—মহাক্কী (পরমেশ্বরগী); অপাশ্রয়ম্ মথাপোল্লবীবু।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ভক্তিযোগনা পাম্নৈ ওইহনা শেংলবা মপুক্নীংদু মপুঙফানা ধ্যান্দা লুপ্লদগী ব্যাসদেবনা পুরুষোত্তম ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণবু মনাইন্নবী মায়াগা (বহিরঙ্গা শক্তিগা) লোয়ননা উখি।

নৈনরোল

পরম সত্যবু মপুঙফানা উবদি ভক্তিযোগনা পাম্নৈ ওইরভদা ওইথোকয়ি। বাকমসি ভগবদ্গীতানসু যাববনি। পরতত্ত্ব পরমেশ্বর ভগবানবু ভক্তিযোগগী মপাম্ভনা মপুঙফানা খঙবা ঙম্মী অদুগা অসুম্না মপুঙফানা খঙলদদা ভগবান্গী ধামদা চঙবা ঙংজে। নির্বিশেষ (শক্লাইদবা) ব্রহ্মবু নত্রগা অন্তর্য্যামী পরমাত্মাবু উবা হায়বা মপুং-যাদবা মওংদা পরতত্ত্ববু উবা অদুনদি কনামতনা ভগবান্গী রাজ্যদা চঙবা য়াদে। শ্রীনারদনা শ্রীলব্যাসদেবদা পরমেশ্বর ভগবানবু অমসুং মাগী লীলাশিংবু ধ্যান তৌবদা লুপ্ন, হায়না পাওমেল্লম্মী। শ্রীলব্যাসদেবনা ব্রহ্মজ্যোতিবু থৌশারমদে মরমদি মদুনা অদ্বয় তত্ত্ব নত্তে। অদ্বয়তত্ত্বদি পরমেশ্বর ভগবান্নি; ভগবদ্গীতানসু হায়রি (৭/১৯)—বাসুদেবঃ সর্ব্বম্ ইতি (বাসুদেবনা পূম্নমক্নি)। উপনিষদ্শিংদসু হায়রি—পরমেশ্বর ভগবান বাসুদেববু হিরণ্ময়েন পাত্রেণ হায়বদি সনা-মচুমান্বা নির্বিশেষ ব্রহ্মনা পর্দা ওইনা কুপশিল্লি অদুগা ভগবান্গী কুপানা পর্দাদু হায়দোকপ্রগা পরতত্ত্বগী তশেঙবা মায়থোং অদু উবা ঙংঙি। পরতত্ত্ববু নৈনরিবা শ্লোকসিদা পুরুষ হায়বদি ব্যক্তি হায়না হায়রি। পরমেশ্বর ভগবান্ বৈদিক সাহিত্য অয়াম্বদা পল্লি, অদুগা ভগবদ্গীতানসু পুরুষ অসি নিত্য অমসুং আদি পুরুষনি হায়রি। পরমেশ্বর ভগবান্দি পূর্ণ (মপুঙফাবা) পুরুষনি। পরম পুরুষসিগী শক্তি য়ামগ্রে, মখোয়দুগী মরক্তা অন্তরঙ্গা (মনুংগী শক্তিবা), বহিরঙ্গা (মপানগী ওইবা), তটস্থ (চিন্দাই-তাবা) হায়বা শক্তি অহুম্সিনা থোইদোক্না মরু ওই। শ্লোকসিদা পল্লিবা শক্তি অসি বহিরঙ্গা শক্তিনি; বাকমসি মাগী থবক মরাম বর্ণন তৌরকদোরিবসিদগী তশেংনা উরকনি। থাবল্লা থাজগা লোয়নদুনা আদা নৈবগুম্না অন্তরঙ্গা শক্তিদি পরতত্ত্ব পুরুষগা লোয়নননা লৈ। বহিরঙ্গা শক্তিবু অমম্বগা চাংদম্নে মরমদি শক্তিসিনা জীবশিংবু তমঃ হায়বা অমম্বদা থম্মিশল্লি। 'অপাশ্রয়ম্' হায়বা শব্দসিনা তাক্লিবদি বহিরঙ্গা শক্তিসে ভগবান্না পুন্না থুদুম চল্লিবনি। অন্তরঙ্গা শক্তিসিবুসু 'মায়া' কৌরি অদুবু মসিদি দিব্য মায়ানি, হায়বদি পরম ধামদা উংপা শক্তিনি। অন্তরঙ্গা শক্তিগী মথাদা চঙজরবা মতমদা প্রাকৃত তমঃগী অমম্বসি থুদক্না কোকহন্বা ঙম্মী। আত্মারামশিং হায়বদি সমাধিদা লুপপ্রবা মীভাশিংসু অন্তরঙ্গা শক্তি হায়বী মায়াদা চঙজবা য়াই। ভক্তিযোগ হায়বসিদি

অন্তরঙ্গা শক্তিগী থবক্নি, অদুনা মকমসিদা প্রাকৃত মায়াগী মকম লৈতে, মরমদি দিব্য জ্যোতিগী মঙাল্দা অমম্বা য়াওদে। অন্তরঙ্গা শক্তি অসে নির্ব্বিশেষ ব্রহ্মদগী কংবা আনন্দ অদুদগীমু হেন্বনি। নির্ব্বিশেষ ব্রহ্মজ্যোতি হায়বদু পরমেশ্বর ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী ইকচাঙদগী থোরকপনি হায়না ভগবদ্গীতাদা হায়রি। পরমপুরুষ অসি শ্রীকৃষ্ণ মশামক নত্রনা অতৈ অমা নত্তে হায়বসি মতুংদা লাক্লবা শ্লোক-শিংদা ব্যাখ্যা তৌবক্নি।

## শ্লোক ৫

**যয়া সম্মোহিতো জীব আত্মানং ত্রিগুণাত্মকম্।**
**পরোঽপি মনুতেঽনর্থং তৎকৃতং চাভিপদ্যতে॥ ৫॥**

## শব্দার্থ

যয়া—মহাক্না; সম্মোহিতঃ—শুমহৎলবা: জীবঃ—জীব; আত্মানম্—মশামকপু; ত্রিগুণ-আত্মকম্—প্রাকৃত গুণ অহুম্না তিল্লবা নৎত্রগা জড় প্রকৃতিগী থোকপা পোৎ; পরঃ প্রাকৃত-মত্তবা; অপি—ওইববসু; মনুতে—ওই হায়না লৌই; অনর্থম্—পামদবা পোৎ; তৎ—মদুনা; কৃতম্ চ—তৌরকপা থবক; অভিপদ্যতে—ফংভি।

## মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মায়াসিনা শুমহৎথিবা মবম্না জীবনা প্রাকৃত গুণ অহুমগী ম্যাংমদা লৈবা ওইরবসু মশামকপু থরাই য়াওদবা প্রাকৃত ওইবা পোৎনি হায়না খল্দুনা সংসারগী অৱাবা ফংভি।

## নৈনরোল

সংসারগী জীবশিংনা ফংলিবা অৱাবগী মরু অহুগা মদু কোক্লবা উপায়শিং অহুগা মমৈদা ফংগদবা সিদ্ধিগী ম্যাকমদো খুদোনবীনা খিন্দুনা তাকপগুম তাক্লী। ম্যাকম পুম্বসি শ্লোকসিদা পল্লি। জীবদি মাগী অশেঙবা স্বরূপ য়েংঙ্রবদি প্রাকৃত গুণগী পোনগী ম্যাংমদা লৈবনি, অদুবু হৌজিক্তি মহাক মায়া লাংদা থুরে; মরমদুনা জীবনা মশাবু প্রাকৃত গুণশিংগী পোথোক অমনি হায়না লৌরে। অসিগুম্বা অমাংবা সম্বন্ধদা লৈরুবা মবম্না অশেঙবা জীবাত্মানা প্রাকৃত গুণগী মখা পোন্দুনা সংসারগী অৱাবা মৈচাকশিং ফংলিবনি। জীবনা মশাবু প্রাকৃত গুণগী পোথোক অমনি হায়না শেরায়না লৌই। হায়রিবসিগী অর্থদি অসিনি মদুদি মায়ালাংদা থুবা মবম্না য়াখল লাম্না খল্লিবা, শেরায়না লৌরিবা অমদি পাম্লিবা অসি মাগী মশাগী ওইকম থোকপা নত্তে।' মাগী ওইকম থোকপা য়াখল য়ারৌ অমত্তুং অপাম্বগী মওঙ অমা লৈরি। জীবগী ওইরকক্তদা ওইবা কীভমদা য়াখল খনবা অমদি অপাম্বনচিংবা ঙ্গাওদবা নত্তে। মায়ালাংদা থুরবা জীবগী অশেঙবা জ্ঞানবু অমিত্তানা (মায়ানা) কুপশল্লি হায়বসি ভগবদ্গীতামসু হায়রি। মতৌ অসুম্না জীবদি নির্ব্বিশেষ ব্রহ্মনি হায়বদু নৈনরিবা শ্লোকসিনা কক্লে। জীবদি নির্ব্বিশেষ ব্রহ্মনি হায়বসে ওইবা য়াদে মরমদি মায়াগা শন্নত্রিজৈদো মশাগী ওইবা কীভমদা জীবগী য়াখল খনবগী লম্নাই মওঙ অমা লৈজৈ। মায়ালাংদা থুরবা কীভমসে বহিরঙ্গা শক্তিগী মখা পোল্লুবনি; মসিগী অর্থদি পরমেশ্বর ভগবান্না নীংঙাইদবা লৈবা মতমদা বহিরঙ্গা শক্তিনা থবক পায় হায়বনি। জীববু বহিরঙ্গা শক্তিনা (মায়ানা) শুক্কৎপদো পরমেশ্বর ভগবান্দি তৌহল্লীংদে। য়াকমসে বহিরঙ্গা শক্তিনসু থওজী, অদুমকপু বহিরঙ্গ শক্তিসিনা বুদ্ধি মাঙহন্নীঙাই

ওইবা থৌদোনা জীবাত্মাবু মাগী লাংদা থুহন্দুনা থম্নগী থাগৎনঙাই ওইদবা থবকসি তৌই। ভগবানসু বহিরঙ্গা শক্তিগী থবক্তা য়েত্তে মরমদি বহিরঙ্গা শক্তিনা তৌরিবা পুন্নমক মায়া-লাংদা থ়ুরবা জীব-শিংবু চুমথোকপীবগীদমক কান্নে। মুংশিহৈবা মপানা মচাশিংবু অতোপ্পা অমনা রারক-য়াতেন্ন তৌবদো পামদে, অদুগুম লমছেনবা মচাশিংবু চুমথোক্লবা হায়দুনা শাথিরবা মী অমগী মথুত্তা শিন্নে। অদুবু শিন্ন-শিন্ননা বহিরঙ্গা শক্তিগী মথুত্তগী মায়াবদ্ধ জীবনা নাম্বোরকপসু পুন্নমকপু মুংশিবিন্নিবা ভগবান্ কৌবা পম্বোনা মপান্মী। নিংথৌনা মাগী হায়বা ইন্দবা প্রজাশিংবু কৈথুমশঙদা থম্মী, অদুবু কবিগুম্বা মতমদা নিংথৌদুনা বন্দীশিংবু থাদোক্লিঙলগা মশামক থোঙলেঙদুনা বন্দীশিংবু চুমথোকনবগীদমক হায়বি, মানা অদুম তৌরগা বন্দীশিংবু জেলদগী থাদোকপী। মতৌ অদুগুম্না পরমেশ্বর ভগবাননা মহাক্কী বাজ্যদগী মায়াবাজাদা কুমথরকই অদুগা জীবশিংদা ভগবদ্গীতাদা তাক্লিব মওংদা মশামক্না মুক্তি পীনবীরে। ভগবদ্গীতাদা ভগবান্ মশামক্না তাকপীরি—-মায়া-লাংশিংদো লাম্বোকপদা য়াম্না লুই, অদু ওইরবসু ভগবান্গী থুয়া-থম্বান্দা কনাগুম্বনা মশাবু কথোকচরবদি ভগবান্গী য়াথং মঙুং ইন্না মহাক অরান থুভম ফংঙি। বহিরঙ্গা শক্তিগী মী-গুম্বা থৌদোশিংদগী নাম্বোক্লবা উপায়দি ভগবান্দা ইশা ইশাবু কথোকপা (প্রপত্তি) হায়বসিনি। ইশা কথোকপগী থবক অসি সঙ্গ ফরগা মপুঙ যাবা ঙমগনি। মরমদুনা ভগবান্না হায় মদুদি ভগবান্বু চপ চানা উপলব্ধি তৌরবা সাধুশিংগী বচন শ্রবণ তৌবগী মপান্না মীওইবনা ভগবান্গী প্রেম সেবাদা চঙজে। মায়া-লাংদা থ়ুরবা মীদুনা ভগবানগী মরমদা শ্রবণ তৌবগী মহাও অমা ফংঙি; অসুম্না শ্রবণ তৌবনা অসুম অসুম মথঙ মথঙ ওইনা ভগবান্বু সম্মান অদুদগী ভক্তি তৌনীংলকই অদুদগী ভগবান্দা আসক্ত ওইরকই। অদুদগী মশা কথোকপা হায়বদু তৌদুনা ভক্তি লম্বেল মতোল-লোম্মী। হায়রিবা রাফমসিমক ভগবান্না ব্যাসদেব ওইনা অবতার তৌরগা মফমসিদা হায়রিবনি। মসিগী অর্থদি অসিনি মদুদি ভগবান্না মায়াবদ্ধ জীববু মহাক্কী বহিরঙ্গা শক্তিগী মতেঙনা শাস্তি ফংহল্লগা অমসুং জীবগী মনুঙ অদুগা মপান অনীমক্না গুরু ওইনা লৈরগা জীববু উদ্ধার (লোখৎপা) তৌবি। জীব খুদিংগী থম্মোইমুংদা ভগবান্ মশামক্না পরমাত্মা ওইনা লৈরগা জীবদুগী গুরু ওই, অদুগা মপান্নোমদা ভগবান্না দীক্ষা গুরু, সাধু সজ্জন অমদি শাস্ত্রশিংগী মওং তৌদুনা জীবগী গুরু ওই। রাফমসি মতুংগী হেক থংনবা শ্লোকসিদা ময়েক লানা ব্যাখ্যা তৌরি।

দেবতাশিংনা জীববু খুত্থম চনবা ঙম্বগী মতাঙদা বহিরঙ্গা শক্তিদো ভগবান্গী মথা পোনবনি হাযবা রাফমসে বেদনা (কেন উপনিষদ্-না) য়ারি। নৈনরিবা শ্লোকসিদসু তশেং তশেংনা হায়রি—জীবাত্মাদি বহিরঙ্গা শক্তিগী মথা পোনবনা তোঙানবা মওংগী ফীভমদা লৈ। অদুমকপু ভাগবতম্গী হায়রিবা বচন অসিদগী করি শেংলবগে হায়রগদি বহিরঙ্গা শক্তি হায়বসে পরমেশ্বর ভগবান্গী নত্রগা মপুঙফাবা পোৎকী মমাঙদদি হুম্ববা ফীভমদা লৈ। বহিরঙ্গা শক্তিসিনা জীবাত্মাশিংবু লাকশনবা মপুঙ ফাবা পোৎ নত্রগা পরমেশ্বর ভগবান্গী নাক্তা চঙবা ঙমদে। মরমসিনা পরমেশ্বর ভগবান্বু বহিরঙ্গা শক্তিনা মায়া তৌশনবা ঙম্মী মরমদুনা ভগবানসু জীব অমা ওইরকই হায়বসে ভাবভনা পঙশা শাগৎপা হায়বদুনি। জীবগা ভগবানগা জাত্তা অমতগী ওইরম্লবদি মদু ব্যাসদেবনা উবা হায়বদো ওইথোক্লমগদবনি। অদুগা জীবনা মায়িক জগত্তা অবাবা কংথগী য়াসি শূক্লে লৈরম্লোইদৌবনি। মবমদি পরমেশ্বর ভগবানদি মপুঙকানা চিন্ময় ওইরিবনি। পরমেশ্বর ভগবান্গা জীবগা অনীবু লেপ্পা ওইনা থমগদবগীদমক অদ্বৈতবাদীশিংনা হায়নি হায়রোই খঙদনা পঙহোৎ হোৎনরি। ভগবান্গা জীবশিংগা মান্নবা পোত্তা ওইরম্লবোইদি শ্রীলশুকদেব গোস্বামীনা ভগবানগী দিব্য-লীলাশিংবু বর্ণনা তৌবগী অরাবদো লৌরম্লোইদবনি, মরমদি লীলাশিংদো বহিরঙ্গা শক্তিগী শকউৎ ঙাক্তা ওইবা তাবনি।

শ্রীমদ্ভাগবতম্দি মায়াগী খুত্তা তাহনা অরাবা যংলিবা মীওইশিংগী অরোইবী প্রতিকারনি। মরমহনা শ্রীলব্যাসদেবনা ইহান হানবদা মায়াবদ্ধ জীবশিংগী থাজৈশেংবা লায়না করিনো হায়বদো পুথোক্লম্বনি, হায়বদি জীবশিংবু বহিরঙ্গা শক্তিনা শুমহংলি হায়বনি। লায়নানা নারবা মায়াবদ্ধ জীবশিংবু অমসুং লায়নাহুগী মরমসু শ্রীলব্যাসদেবনা উরম্লবসু বহিরঙ্গা শক্তিনা চঙবা শুমদহনা থাপ্পা লৈরিবা পূর্ণ ভগবানবুসু মহাক্না (ব্যাসদেবনা) উখি। মথঙগী লাক্লিবা শ্লোক অহুদা মায়া লাংদগী কোক্লবা উপায় করিনো হায়বহু তাক্লি। পরমেশ্বর ভগবান্ অমসুং জীবশিং অনীমকসে গুণগী মায়কৈদা য়েংলগদি অমতনি হায়বদি খেন্নদে, অহুবু ভগবান্দি বহিরঙ্গা শক্তিবু খুছুম চল্লী অহুগা জীববুনা বহিরঙ্গা শক্তিনা (মায়ানা) খুছুম চল্লী। মরমসিনা ভগবানগা জীবগা অনীসে মতম অমতদা খেনসু খেন্নৈ অহুগা খেনসু খেন্নদে। নৈনরিবা শ্লোকসিনা রাকম অমগা শেংনা তাক্লি, মহুদি—ভগবান্গা জীবগা অনীগী মরক্তা লৈবা নিত্য সম্বন্ধদি (মতম পুম্বদা লৈনরিবা মরীদি) দিব্যনি প্রাকৃত নত্তে, অহু নত্রগদি ভগবান্না জীববু মায়া-লাংদগী উদ্ধার (লোখৎপা) তৌরম্লোইদবনি। ভগবান্না তৌবগুম্না জীবনসু ভগবানবু মহৌশানা হুংশিকম থোকপহু অমুক হন্না হুংশিনবা হোৎনযম থোকপনি। থাক অহু য়োৎবদি জীবগী মপুঙ-ফাবা সিদ্ধিনি। শ্রীমদ্ভাগবতম্না মায়াবদ্ধ জীববু হায়রিবা পুন্সি-ফিদমসি য়েৎহন্নবগী মীৎয়েংদা য়েংলি।

শ্লোক ৬

**অনর্থোপশমং সাক্ষাদ্ভক্তিযোগমধোক্ষজে।**
**লোকস্যাজানতো বিদ্বাংশ্চক্রে সাত্বতসংহিতাম্ ॥ ৬ ॥**

শব্দার্থ

অনর্থ—কান্নদবা পোৎ; উপশমম্—কোকহনবা; (অনর্থ-উপশমম্—কান্নদবা পোৎশিংবু কোবংয়-ঙাই ওইবা); সাক্ষাৎ—হকথেংননা; ভক্তিযোগম্—ভক্তিনা চঙবা; অধোক্ষজে—ইন্দ্রিয়না লাম্বা ফংদবা ভগবান্দা; লোকস্য—মী পুম্বগী; অজানতঃ—(ভগবদ্ভক্তি) খঙদবশিংগী; বিদ্বান্—অথঙবা (ব্যাসনা); চক্রে—লেংলম্মী; সাত্বত পরম সত্যাগী মরম ওইবা; সংহিতাম্—(শ্রীমদ্ভাগবত কৌবা) বৈদিক সাহিত্য।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

জীবশিংগী কান্নত্রবা মায়িক ওইবা অরা মৈচাকশিংদি ভগবান্ অধোক্ষজদা ভক্তি চংলবদি হেক্তা কোকপা ঙম্মী। মহুবু অয়াম্বা মীনদি মসি খঙদে; মবমহনা খঙলবা ব্যাসদেবনা পরম সত্যগা মরী লৈনবা (শ্রীমদ্ভাগবতম্ কৌবা) গ্রন্থসি লেংখি।

নৈনরোল

শ্রীলব্যাসদেবনা পূর্ণ ওইবা পরমেশ্বর ভগবানবু উখি উখি হায়বা বাকমসিনা তাকপদি পরমেশ্বর ভগবান্ কৌবা মপুঙ ফাবা মপুম্ অহুদা মহাকী অংশ কলা পুঙঙ গুনা য়াওরে হায়বহু তাক্লিবনি। মরমহনা ব্যাসনা ভগবান্গী অন্তরঙ্গা শক্তি, তটস্থা শক্তি, বহিরঙ্গা শক্তি কৌবা শক্তি মথল ময়ামহুম্ উখিরম্মী। মহাক্না উরম্মী ভগবান্গী অংশ-কলাশিং হায়বদি মহাকী অবতার মথেলশিংসু; অহুগা থোইদোক্ল হেন্দোক্লা বহিরঙ্গা শক্তিনা ককঙওনহল্লবা বদ্ধজীবশিংনা পামজদবা অরা-অনাগী মৈচাক ময়ামহুম্ ব্যাসনা উখি। মমৈদা বদ্ধজীবশিংগী অরাবা কোক্লবা উপায় হায়বদি ভক্তিযোগসু উখি। যোগসি পরমার্থগী মহান ওইবা বিজ্ঞান অমনি অহুগা মসি হৌগদবদি পরমেশ্বর ভগবান্গী নাম-

যশঃ-মহিমামচিংববু কীর্তন তৌবা অমদি শ্রবণ তৌবনা হৌগদবনি। লোৎতুনা লৈরম্বা ভগবান্‌বু মুংশিবা (ভগবৎ-প্রেম) অদুবু নোমৌহনগে হায়রবদি থৱাই য়াওদবা মওংদা কীর্তন-শ্রবণ তৌবা ঙাক্তনদি ওইবা য়াদে; মরু ওইনা ভগবান্‌গী ওইজ খিদবা কৃপাতনা মপুঙ ফানা প্রেম পোকদবনি। ভক্তগী হৃদি শেংনা হোৎনবদুনা ভগবান্‌বু মপুঙ ফানা পেলহনবা ঙমলবা মতমদদা মহাক্না ভক্তদুদা প্রেমভক্তি পোকহনখিগনি। অদুমকপু শ্রবণ কীর্তনগী শাস্ত্রনা তাকপা নিয়মশিংদু ঙাক্লবদা কাম্লদবা অমদি পাম্লদবা সংসার মৈচাকশিংদো খুদক্তা কোকনি। অসিগুম্বা মায়িক কাম কোকপদি দিব্য জ্ঞান ফংদ্রবস্তু য়াই। পরম সত্যবু উপলব্ধি ফংনবগীদমক্তি জ্ঞানদি ভক্তিযোগগী মপান তাংঙি।

## শ্লোক ৭

**যস্যাং বৈ শ্রূয়মাণায়াং কৃষ্ণে পরম পুরুষে।**
**ভক্তিরুৎপদ্যতে পুংসঃ শোকমোহভয়াপহা॥ ৭॥**

### শব্দার্থ

যস্যাম্-(শ্রীমদ্ভাগবতসংহিতা) অসি; বৈ—লেপ্পমক; শ্রূয়মাণায়াম্—নাকোঙনা তারবদা; কৃষ্ণে—ভগবান শ্রীকৃষ্ণদা; পরমপুরুষে—পুরুষ মকোক্তা (পরমেশ্বর ভগবান্‌দা); ভক্তি—ভক্তি; উৎপদ্যতে—পোকয়ি; পুংসঃ—জীবশিংগী; শোক—অৱাবা; মোহ-পঙথবা; ভয়—কিবা; অপহা—মাঙনবগী মশক ওইবা; (শোক-মোহ-ভয়-অপহা—থৱাই য়াবা, বুদ্ধি চময়বা অমদি অকিববু কোকহন-ঙম্বা)।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীমদ্ভাগবতসংহিতা হায়বা বৈদিক গ্রন্থ অসি নাকোঙনা তাজবা ফংবদদা পরম-পুরুষ শ্রীকৃষ্ণদা (মীওইবগী) থৱাই য়াবা, বুদ্ধি চময়বা অমদি অকিববু কোকহন-ঙম্বা ভক্তি অদু জীবশিংগী লেপ্পমক পোকয়ি।

### নৈনরোল

ইন্দ্রিয় মখল কয়া লৈরিবসিগী মনুঙদা নাকোঙনা খ্বায়দগী হেন্না থবক তৌবা ঙম্মী। নাকোঙ কৌবা ইন্দ্রিয়সিদি মী অমনা শিরেমথৈ তুম্লবস্তু থবক অদুম তৌই। তুমদবা মতমদা মী অমনা মশাবু য়েক্লবগী মথুত্তগী কনবা ঙম্মী, অদুগা তুম্লবদি মী অমনা মনাকোঙতনা কল্লি। খ্বাইদগী হেনবা পুন্সি-মহৈ হায়বদি সংসারগী মৈচাক অদুমদগী লাম্থোকপা ঙম্লবগী মতাঙদা নাকোঙনা তাবা হায়বসি মরু ওই হায়বদু মক্কমসিদা পন্দুনা উৎলী। মী খুদিংমক মীৎকুপ খুদিংদা অৱাবা নংঙি, অদুগা নাম্থোক্লনবা পোত্তাবু ফংগদবগী হোৎনৈ, অদুগা য়েক্লবা ওইরমগদ্রা খন্দুনা অতোপ্পবু কি। অদুমসি তাইবং লায়নাগী (ভবরোগগী) মরুওইবা লায়ওংনি। চপচানা শ্লোকসিদা হায়রিবদি শ্রীমদ্ভাগবতমগী য়া শ্রবণ তৌবতনা পরমপুরুষ ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণদা আসক্তি পোকনি অমসুং অসুম্না আসক্তি হেক পোকপগা তাইবং লায়নাগী লায়ওং খুদমশিংসে মাঙগনি হায়বসিনি। শ্রীলব্যাসদেবনা মপুঙ-ফাবা পরমেশ্বর ভগবান্‌বু উরমখি, অদুগা শ্লোকসিদনা মানা উখিবদো মপুঙ ফাবা পরমেশ্বর ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণবুনি হায়বদু তশেংনা হায়রে।

ভক্তিযোগগী পোলোই ওইবা ফলদি পরমেশ্বর ভগবান্‌বু শেংনা মুংশিরকপা ঙমকপনি। মুংশিবা (প্রেম) হায়বা য়াহৈসি মতম অয়াম্বদা মুপী-মুপা অনীগী মরী থময়রকপগী মতাঙদা শীজরৈ।

অদুগা ভগবান্ কৃষ্ণগা মীওইবগা অনীগী মরী উৎনবগীদমক চপ চানা শীঙ্গনগদবা রাহৈদ্রু নুংশিবা হায়বসিনি। ভগবদগীতাদা জীবশিংবু 'প্রকৃতি' হায়না পল্লী, অদুগা সংস্কৃত লোন্দা প্রকৃতিসি নুপী খঙনবা পোৎনি। ভগবান্বু মতম পুম্বদা 'পরম-পুরুষ' হায়বদি নুপা মকোক হায়না পল্লী। মতৌ অসুম্না ভগবান্গা জীবগা নুংশিনবসে (প্রেম লৈনরিবসে) নুপা নুপী অনীনা নুংশিনবগুম্বা পোত্তা অমনি। মরমসিনা 'ভগবান্বু নুংশিবা' (ভগবৎ-প্রেম) হায়বা রাহৈসে চপ চারবা রাহৈনি।

ভগবান্বু প্রেম-সেবা (নুংশিনা নীঙবা) হায়বসি হৌবদি ভগবানগী মরমদা শ্রবণ তৌবনা হৌয়ি। ভগবান্গা মাগী মবমদা ঐখোয়না শ্রবণ তৌরুবদুগা করিমতা খেন্নদে। মায়কৈ খুদিংদা খন্নরুবদা ভগবান্দি পরমতত্বনি হায়বদি অদ্বয়তত্বনি (মাগা মান্নবা অতোপ্পা অমা লৈত্রবা মহাক্নি), মতৌ অসুম ওইবা মরম্না মহাক্না মাগী মরমদা ঐখোয়না শ্রবণ তৌরুবা মাগী হীরমদুগা করিমতা খেন্নদে। মরমসিনা মাগী মরমদা শ্রবণ তৌবা হায়বগী অর্থদি প্রাকৃত নত্তবা খোম্বোক্না খোং ওইদুনা ভগবান মাগা খুদক্তা শন্নবা হায়বদুনি। প্রাকৃত নত্তবা (দিব্য) খোন (শব্দ) অসিগী মহৈ কয়া থুনা য়ানবগে হায়ববু মথক্তা পনখিবা মায়িক ওইবা পোৎপু পাম্বা পুম্বা খুদক্তা মাঙহল্লি।'/মমাঙদা হায়খিবদুনি জীবনা প্রকৃতিগা (মায়াগা) সঙ্গ তৌরুবদগী চয়েৎনবা ভাব অমা চেল্লকই, অদুগা শুম্মৎনঙাই ওইবা উচেক পোনগুম্বা মায়িক দেহসিবু অওইবা পোত্তা অমা ওইনা লৌরকই। অসিগুম্বা ওইদবা ভাবতানা শুমহৎখিদুনা জীবশিংনা মখল-মথেলগী পুন্সি মপোক্তা মখল মখলগী ওইনা শুমহৎ লাংদা থুই। খাইদগী রাংবা মপোক ওইরিবা মীওইবগী মপোক্তা ফাওবা, শুমহৎ-লাং (মায়ামোহ) অসি 'বাদ' 'বাদ' হায়নদুনা অদুম থারু-থুনদুনা ভগবান্গা প্রেম সম্বন্ধ লৈনবদো কায়নহল্লী, মদু কায়নবা মরম্না মীগা মীগগী মরক্তা লৈনবা নুংশি মরীদুসু থদংলী। শ্রীমদ্ভাগবতম্গী কথামৃত শ্রবণ তৌরগা হায়রিবা মায়া লাংগী ওইদবা ভাবসি কোকই, অদুদগীদি সমাজ-নুংদা রাজনীতি-রালাশিংনা মফম মতম অয়াম্বদা খোরক্লিবা ফিভমশিংদা য়াম্না খৌরাংনা পামজরিবা অওইবা শান্তি (লৈবাক মরা তপ্পা) হায়বদু শোয়দনা লৈবা হৌগনি। রাজনীতি-রালাশিংনা মীগা মীগগী অদুগা জাতিগা জাতিগগী মরক্তা শান্তিপূর্ণ ওইবা স্থিতি অমা লৈবা পামজৈ, অদুবু পাম্বদুগা লোয়নননা লম্বুমগী মপু ওই-নীংমনবনা মরম ওইবদগী মখোয় মশাদা চমন্নবা (মোহ) অদুগা অকিবা (ভয়) হায়বদু পোকই। মরমসিনা রাজনীতি-রালাশিংগী শান্তি পুররুবা সম্মেলন অমতনা সমাজদা শান্তি পুরকপা ঙমদে। পরমেশ্বর ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী মরমদা শ্রীমদ্ভাগবতম্দা ইরিবা রারী শ্রবণ তৌরগদদা মখোরনা পাম্লিবা শান্তিদু পুরকপা ঙমগনি। অপঙবা রাজনীতিরালাশিংনা শান্তিগী সভা সম্মেলন কয়া চহী চা কয়া ফম্বা রাই, অদুবু মখোয় মহৈ য়ানবদি ঙম্রোই। ঐখোয়গী মাঙএবা কৃষ্ণ সম্বন্ধ অদু অমুক হন্না থম্বগী মতাঙদু ঐখোয়না য়োম্রিমখৈ হকচাঙবু আত্মানি হায়না লৌবগী পঙথবদো (মোহদু) অদুম লৈখিগনি, অদুনা কিগনবা পুকচেলসু অদুম মচেনখিগনি। শ্রীকৃষ্ণসে পরমেশ্বর ভগবান্নি হায়বগী শাস্ত্র প্রমাণদি লীশিং লীশিং লৈ, অদুগা বৃন্দাবন, নবদ্বীপ অমদি পুরীনচিংবা লমদম কয়াদা ভক্তশিংনা মশা মশামক্তদা থেংনখিবা থৌদোকশিংনা ওইবা প্রমাণসু লীশিং লীশিং লৈ। কৌমুদী অভিধান অদুদফাওবা কৃষ্ণ শব্দগী অর্থ পীবদা যশোদাগী মপারি অদুগা পরব্রহ্ম (পরমেশ্বর ভগবান্) হায়না পীরি। হায়রিবা পুম্বসিগী রারোইদি অসিনি মদুদি—শ্রীমদ্ভাগবতম্ কৌবা বৈদিক গ্রন্থসি শ্রবণ তৌবতনা কনাগুম্বনা পরব্রহ্ম ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগা সাক্ষাৎ সম্বন্ধ থম্বা ঙমগনি, অদুম তৌরগা মহাক্না সংসারগী অরা মৈচাক, মোহ (পঙথবা) অমসুং কিবা (ভয়) লাম্বোক্তুনা পুন্সি মহৈ থম খেংনা য়ানগনি। মসি পুম্বা শ্রীমদ্ভাগবতম্-পাঠগী মতমদা নোল্লবা পুকচেলগা লোয়নননা শ্রবণ তৌরবা কনাগুম্বগী অওইবা চাংয়েং ঙাক্নি।

শ্লোক ৮

**স সংহিতাং ভাগবতীং কৃত্বানুক্রম্য চাত্মজম্।**
**শুকমধ্যাপয়ামাস নিবৃত্তিনিরতং মুনিম্ ॥ ৮ ॥**

**শব্দার্থ**

সঃ—মহাত্মা ( বেদব্যাসনা ); সংহিতাম্—খোমজল্লবা বৈদিক সাহিত্য; ভাগবতীম—পরমেশ্বর ভগবান্‌গী ওইবা; কৃত্বা—লেংলগা; অনুক্রম্য—অমুক হন্না শেমদোক্লগা; চ—অমসুং; আত্মজম্—মানা পোকচবা মচাদা; শুকম্—শুকদা; অধ্যাপয়ামাস—তম্বীখি; নিবৃত্তি—সংসারগী অরাম খৌরাঙ থাদোকপা; নিরতম্—(মতুদা) মায় ওনশল্লবা; (নিবৃত্তি-নিরতম্—সংসারগী অরাম খৌরাঙ য়াওদ্রবা মচাদা); মুনিম্—(মচানুপা শুক) মুনিদা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহর্ষি বেদব্যাসনা পারমহংস-সংহিতা শ্রীমদ্ভাগবতম্‌সিবু লেংলগা অমুক হন্না য়েংহনা শেমদোক্লগা সংসার মায়াগী অরাম খৌরাং য়াওদ্রবা মচানুপা শুকমুনিদা তম্বীখি।

**নৈনরোল**

বেদব্যাস কৌবা গ্রন্থকার মশামক্না লেংবা 'ব্রহ্মসূত্র' হায়বা লাইরিক্তুগী মশানা ওইক্তম থোকপা ভাষ্যনি। ব্রহ্মসূত্র নৎত্রগা বেদান্তসূত্র হায়বা লাইরিকসি আত্মা উপলব্ধি ফংলবা মীতাশিংগীনি। শ্রীমদ্ভাগবতম্‌সে অসুম্না লেংখিবনি, মতুদি কনাগুম্বনা মতুদা য়াওরিবা বিষয়শিংদু হেক পাবদদা আত্মা-উপলব্ধিগী লম্বীদা খুদক্তা চঙশল্লী। লাইরিকসি আত্মা-উপলব্ধিদা পুঙলুপ লুপত্রবা মীতা হায়বদি পরমহংসশিংগীদমক ওইরবসু সংসারীশিংগী থম্মোইসুংসু চিংশল্লি। সংসারীশিংদি লোইনমক ইন্দ্রিয় পেল্লবা থবক্তা চঙহনা লৈ। অদুবু মখোয়সিগুম্বা মীতাসু মখোয়গী তাইবং লায়নাশিং (অবা-মৈচাক) কোক্নবা উপায় লাইরিক অসিদগী ফংগনি। শুকদেব গোস্বামীদি হেক পোকপদগী হৌনা মুক্ত-আত্মা (অরান-খুভম যংলবা মী) ওইরক্লবনি। অদুগা মপাবুংনা মঙোন্দা শ্রীমদ্ভাগবতম্ তম্বীখি। শাস্ত্র থাজদবা লাইরিক হৈবশিংগী মরক্তা শ্রীমদ্ভাগবতম্ লেংখিবা মতমগী মরমদা মত মখল মখল পুথোক্লরকই। অদুম ওইনমক, শ্রীমদ্ভাগবতম্ গ্রন্থ মশামকুগী তশেংনা থঙবা ওন্বদি পরীক্ষিৎ মহারাজনদি থুপত্রিডৈ অদুগা শ্রীকৃষ্ণনদি থুপত্রবা মতুঙ অদুদা লাইরিকসে লেংখি হায়বসিনি। মহারাজ পরীক্ষিৎনা ভারতবর্ষগী নিংথৌ ওইনা পৃথিবীবু শাসন তৌরিডৈদা মহাত্মা কলি মশামকপু চৈরাকখি। লাইতাক শাস্ত্রশিংগী অমসুং জ্যোতিষ গণনাগী মতুঙ ইন্না কলিযুগসে চহী লীশিং মঙা শুরে। মরমসিনা শ্রীমদ্ভাগবতম্‌সে চহী লীশিং মঙাগী মমাঙদা লেংখিবনি। মহাভারতসিনা শ্রীমদ্ভাগবতম্‌গী মমাঙদা লেংবনি অদুগা পুরাণশিংবুনা মহাভারতকী মমাঙদা লেংখিবনি। বৈদিক সাহিত্যশিং লেংখিবগী তারিক মতমগী চাউরাকপা অঙ্ক মহোংনি অদু। শ্রীনারদগী পাওতাক মনুঙদা মাচা-খায়বা বর্ণনা তৌভ্রিডৈগী মমাঙদা শ্রীমদ্ভাগবতম্‌গী রা মচং পীখি। শ্রীমদ্ভাগবতম্‌দি 'নিবৃত্তিমার্গ' চৎননবগী বিজ্ঞান্নি। প্রবৃত্তিমার্গবু নারদনা য়ারমদে। মার্গ অদুদি (প্রবৃত্তি-মার্গদি) মায়া-লাংদা থুরবা মীতাশিংনা মহৌশানা পামজবা লম্বীনি। শ্রীমদ্ভাগবতম্‌গী বিষয়দি মীওইবগী তাইবং লায়না কোকহন্নবা হায়বদি সংসারগী অবা মৈচাকপু মপুঙফানা 'মুথহন্নবনি।

শ্লোক ৯

শৌনক উবাচ

**স বৈ নিবৃত্তিনিরতঃ সর্ব্বত্রোপেক্ষকো মুনিঃ।**
**কস্য বা বৃহতীমেতামাত্মারামঃ সমভ্যসৎ ॥ ৯ ॥**

শব্দার্থ

শৌনকঃ উবাচ--শ্রীশৌনকনা হায়রম্মী; সঃ—মহাক; বৈ—অওইবমক; নিবৃত্তিনিরতঃ—আত্মা উপলব্ধিগী থবক্তা লুপ্লবা; সর্ব্বত্র—মায়কৈ খুদিংদা; উপেক্ষকঃ—(ইন্দ্রিয় পাস্বা বিষয়) থৌশাদবা (মী); মুনিঃ—মুনিনা; কস্য—করিগীদমক; বা—নত্রগা; বৃহতীম্—পাক-চাওরবা; এতান্—মসিবু (শ্রীমদ্ভাগবতম্); আত্মারামঃ—মথন্তনা মুংঙাইজবা পেঞ্জরবা (মুনি শুকদেব); সমভ্যসৎ—তমখি (অভ্যাস তৌখি)।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীশৌনকনা সূত গোস্বামীদা হংলম্মী— শ্রীশুকদেব গোস্বামীদি হান্নানা নিবৃত্তি মার্গদা লুপ্লবনি, মরমত্তুনা মহাক আত্মারাম (মথন্তনা পেঞ্জবা) ওইহনা মায়কৈ পুম্নদা বিষয়-ভোগ থৌশাত্রবা মীনি। অদুগা করিগীদমক মহাক্না অসুক য়াম্না পাক-চাওরবা লাইরিকসিবু তমলুরিবা?

নৈনরোল

মায়িক ওইবা থবক পুম্নমক থাদোক্লুনা নিবৃত্তিমার্গদা লুপ্না হায়বসিনা মীচম ময়ামগীদি পুন্সিগী রাংলেন-রাংবা সিদ্ধি (মপুঙ ফাবা) ফংবা হায়বত্তুনি। ইন্দ্রিয়গী বিষয় ভোগ তৌবদা মুংঙাইরিবা হায়বদি হকচাঙগী য়াইফনবগী থবক্তা লুপ্লিবা মীতাশিংবু কর্ম্মী (থবক তৌবা মী) কৌই। অসিগুম্বা কর্ম্মী কোটি কোটিগী মনুঙদা অমখক্লুনা আত্মা উপলব্ধি তৌত্তুনা 'আত্মারাম' ওইরকপা হায়বত্তু য়াওবা য়াই। 'আত্মাগী' অর্থদি 'এশা মথন্তা' হায়বনি অদুগা 'আরামগী' অর্থনা মুংঙাইবা (পেম্মোকপা) হায়বনি। মীপুম খুদিংমক খ্বাইদগী হেন্না মুংঙাইববু পাম্মী; অদুবু মী অমগী মুংঙাইবগী চাংগা অতোপ্পা অমগী চাংগা খেন্নৈ। মরমত্তুনা কর্ম্মীশিংনা ফংলিবা মুংঙাইবগী চাংগা আত্মারামশিংনা ফংলিবা মুংঙাইবগী চাংগা অনৌসি খেন্নৈ। আত্মারামশিংদি মায়কৈ খুদিংগী বিষয় ভোগ অদু মপুঙ ফানা থৌশাত্রবনি। শ্রীলশুকদেব গোস্বামীদি আত্মারামগী থাক অসিদা কাপ্ত্রবা মীনি, অদুমক্তদা মহাক্না পাক-চাউরবা ভাগবতম্ অসিবু অধ্যয়ন তৌবগী (তম্বগী) অরাবা শক্তক য়ারম্মী। মসিনা তাকপবু শ্রীমদ্ভাগবতম্‌সি বৈদিক জ্ঞান পুম্নমক হৈরবা আত্মারামশিং ফাওবনা মখা তমথনবা পোৎনি হায়বা তাকপনি।

শ্লোক ১০

সূত উবাচ

**আত্মারামাশ্চ মুনয়ো নির্গ্রন্থা অপ্যুরুক্রমে।**
**কুর্ব্বন্ত্যহৈতুকীং ভক্তিমিত্থম্ভূতগুণো হরিঃ ॥ ১০ ॥**

### শব্দার্থ

**সূতঃ উবাচ—সূত গোস্বামীনা হায়রম্মী; আত্মারামাঃ—আত্মাদা নুংঙাইহৈবশিংনা; চ—সু; মুনয়ঃ—মুনিশিংনা; নিগ্রর্ন্থাঃ—বন্ধন (অকা অপুন) পুম্বদগী লাম্বোক্লবা; অপি—সু; উরুক্রমে—তৌ-ঙম্বা থৌনাগী মীদা (শ্রীকৃষ্ণদা); কুর্বন্তি—তৌই; অহৈতুকীম্—ওইজ-থিদবা; ভক্তিম—ভক্তি (নীঙবা); ইত্থম্-ভূত—অসুম্না ঙক্লবা; গুণঃ—গুণ; (ইত্থম্-ভূত-গুণঃ—মতৌ অসুম্না আত্মারামশিং কাওবগী পুক্নীং চিংশনঙম্বা গুণ খিবিক্লা মাগী ওইরবা মহাক; হরিঃ—হরিনা।**

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মখল পুম্বগী আত্মারামশিংনা থম্মোইনা পাম্বা পুম্বা লৈত্রবসু হায়বদি অশাওবা নাপন্নচিংবা লৈত্রবসু মখোয়না মপাল্লাইদবা থৌনাগী মপু শ্রীহরিদা ওইজ-থিদবা ভক্তি তৌনিংঙী। মরমদি মহাক্তি আত্মারামশিংবুসু চিংশল্লবা গুণ চেল্লি।

### নৈনরোল

ভগবান শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা 'আত্মারাম শ্লোক' অসি মহাক্কী ভক্ত মকোক শ্রীলসনাতন গোস্বামীদা তরং তরংনা ব্যাখ্যা তৌথুনা তাক্লম্মী। শ্লোকসিদা শব্দ তরামাথোই য়াওরিবসি মহাক্না উৎলম্মী। মখোয়থুদি ১) আত্মারাম, ২) মুনয়ঃ, ৩) নিগ্রর্ন্থ, ৪) অপি, ৫) চ, ৬) উরুক্রমে, ৭) কুর্বন্তি, ৮) অহৈতুকীম্, ৯) ভক্তিম, ১০) ইত্থম্-ভূত-গুণঃ, ১১) হরিঃ অসিনি। বিশ্বপ্রকাশ অভিধানগী মতুং ইন্না 'আত্মারাম' শব্দগী পর্য্যায় (অর্থ) তরেৎথক লৈ, মখোয়থুদি ১) ব্রহ্মন্, (অদ্বয় তত্ত্ব), ২) হকচাঙ, ৩) পুক্নীং, ৪) হোৎনবা, ৫) খাঙ-কনবা, ৬) বুদ্ধি, অমসুং ৭) মশা মশাগী হৈনবশিং।

'মুনি' শব্দগী অর্থনা ১) ৱাখল-খনবা মী (মননশীল), ২) ৱা-ঙাঙদবা (মৌনী), ৩) তপ-তৌবা মী (তপস্বী), ৪) ব্রত লৌবা হায়বদি করিগুম্বা অমা তৌগে লেপ্পা মী (ব্রতী), ৫) লম্বোইবা (যতি), ৬) ঋষি, ৭) মুনি—অসিনি।

'নিগ্রর্ন্থ' শব্দনা ঙম্বনা ১) অবিদ্যাগী (খঙদবগী) অকা অপুন্দগী লাম্বোক্লবা মী (অবিদ্যাগ্রন্থিহীন), ২) শাস্ত্রগী মতুং ইন্না তৌহৈবা (বিধি) অমসুং তৌহৈদবা (নিষেধ) অমদি বেদ শাস্ত্রগী জ্ঞান লৈতবা মী (অমবোমদা হায়রগা অপঙবশিং, লাইরিক ময়েক খঙদবশিং, হৌন খঙদবা ম্লেচ্ছনচিংবা), ৩) শেঙ্গাও পায়বশিং, ৪) শেল পায়দবা মী (নিধন)—অসিনি।

শব্দকোষ অভিধানগী মতুং ইন্না 'নি' উপসর্গসি ১) অবেপ্পা, ২) শীঙথাবা, ৩) (য়ুম-কৈ) শাগৎপা, অমসুং ৪) তৌহৈদে হায়না খিংবগী অর্থশিংদা শীজন্নে। অমসুং 'গ্রন্থ' শব্দনা লন্ (ধন), হীরম (সন্দর্ভ), ৱাহৈ ময়াম—অসিনচিংবগী অর্থদা শীজন্নে।

'উরুক্রম' শব্দগী অর্থদি 'মতীক মগুণ লৈবা' হায়বনি। 'ক্রম' গী অর্থনা 'খোঙথাঙ' হায়বনি। উরুক্রম হায়বা শব্দসিনা থোইদোকপা অমা ওইনা তাকপদি ভগবাল্লা বামন ওইনা তৌবা অবতার অমসুবুনি; মহাক্কী মপা লাকঙমদনা পাক-চাওবা খোঙপাক্না জগৎ পুম্ববু কুপথি। ভগবান্ বিষ্ণুদি শক্তিমান্নি, অমসুং মাগী থবক হায়বদি লীলা পুম্নমক থাগৎনঙাই ঙাক্তনি; মহাক্না মাগী অন্তরঙ্গা শক্তিনা প্রাকৃত নত্তবা জগৎ (বৈকুণ্ঠ লোক) অমসুং মাগী বহিরঙ্গা শক্তিনা প্রাকৃত জগৎ শেম্বনি। মানা বিভু (মকম পুম্বদা শীনথুংনা লৈবা) ওইবনা মকম খুদিংদা পরমসত্য ওইনা

লৈ অহুগা মহাক মশামক্না মতম পূ্সদা গোলোক বৃন্দাবন হায়বা মাগী দিব্যধামহুদা লৈ; মফমহুদা মাগী দিব্য লীলাশিংহু মখল মথেল শুনা উৎলি। মাগী থবকশিংদি কনাগুম্বনা অতোপ্পা অমগীগা চাংদম্বা য়াবা নত্তে। মরমহুনা 'উরুক্রম' হায়বা শব্দসি মঙোন্দদা পানগদবনি।

সংস্কৃত ক্রিয়াগী প্রকরণ মতুঙ ইন্না 'কুর্ব্বন্তি' হায়বসিনা তাকপদি অতোপ্পা কনাগুম্বা অমগীদমক থবক তৌই হায়বনি। মরমসিনা অর্থসিনা উৎপদি আত্মারামশিংনা ভগবান্দা ভক্তি তৌই হায়বসে মরম্নাইগী কান্নবগী নত্তে, উরুক্রম ভগবানগী পেন্নবা ভক্তি তৌবনি।

'হেতু'গী অর্থদি 'মবম' হায়বনি। কনাগুম্বা মী অমগী ইন্দ্রিয় পেন্নবগীদমক মরম (হেতু) য়াম্না য়াম্মী। হেতুশিংসে ভুক্তি সিদ্ধি অহুগা মোক্ষ (অরান খুভম) হায়না মরু ওইনা থায়দোকপা য়াই। হায়রিবা হেতু অহুমসে চাওখৎ-পাম্বা মীতাশিংনা পাম্মৈ। ভুক্তি হায়বদি বিষয় ভোগগী মরমদা হায়রুরগদি মশীঙ থীঙমদবমখে লৈ; সংসারীশিংনা ভোগশিংসে হেন্না হেন্না হেন্জৎহনবা পামজৈ মরমদি মখোয় মান্না লাংদা থুরিবনিনা। বিষয় ভোগগী মশীঙ থারকপদা লোই-থম্বা নাইদে অহুগা কনামতনসু ভোগ পুন্নমক্তো প্রাকৃত জগৎসিদা পুমশু শুনা ফংবা ঙমদে। সিদ্ধিগী মরমদা হায়রুরগদি মখোয়গী মশীং নিপালনি; মখোয়হুদি অনিমা (পীক্লেন পীকপা), লঘিমা (য়াংখৎলকপা), প্রাকাম্য (অপাম্বা অমা হেক্তা ফংবা), ঈশিত্ব (মপু ওইবা), বশিত্ব (কনাগুম্বা জীববু হায়বা ইলহনবা), ব্যাপ্তি (পুঙশন শনবা), মহিমা (চাওখৎপা), কামাবসায়িত (অনীঙবা থুংগে নীঙলকপদা থুংবা)। সিদ্ধিশিংসে ভাগবতম্দা য়াওরি। মোক্ষ (অরান খুভম) হায়বসিগী মথল মঙানি।

মরমসিনা শুদ্ধ ভক্তিগী অর্থদি মথক্তা পল্লিবা মশা মশাগী কান্নবা ময়ামসি পাম্মুবা লৈতনা ভগবান্গী সেবা তৌবা হায়বনি। সর্ব্বশক্তিমান্ ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণবু ভক্তশিংগী অহৈতুকী (ওইজ-থিদবা) ভক্তিতনা মপূঙ ফানা পেলহনবা ঙমগনি।

ভগবান্দা শুদ্ধভক্তি তৌবা হায়বসি থাক মরোল মরোল কাখৎলকই। প্রাকৃত ক্ষেত্রদা ভক্তি তৌবা হায়বসি তোঙান তোঙানবা গুণগী মখল ৮১ (মরিফুমাথোই) লৈ। ময়ামসিগী মথক্তা প্রাকৃত নত্তবা ভক্তি মখল অমা লৈ, মহু অমখক্তনি, অহুগী মমিংনা 'সাধন ভক্তি' কৌই। সাধন ভক্তিসিনা মমুন যাহুনা ভগবানবু নুংশিরবা মতমদা ভগবান্দা তৌবা প্রেম সেবাহু মথঙ মথঙ কারকপনা থাক মাপন শুনা কারকই মখোয়হুদি রতি, প্রেম, স্নেহ, মান, প্রণয়, রাগ, অনুরাগ, ভাব অমসুং মহাভাব অসিনি।

শান্ত ভক্তগী রতিদি ভগবান্গী প্রেম ফাওবা য়োই। দাস্যভক্তগী রতিনা অসুম অসুম কারকপনা রাগ ফাওবা য়োই, অহুগা সখ্যভক্তগী রতিনা অনুরাগ ফাওবা কারকই, অমসুং বাৎসল্য ভক্তগী রতিসু অনুরাগ ফাওবা কায়। মধুর রতিদি (নুপা নুপী নুংশিনবগুম্বদি) ভাবতগীনা মহাভাব ফাওবা কারকই। পুক্চেল শেংনা ভগবানবু নুংশিবগী লক্ষণ থরদং অসিদা হায়রিবনি।

'হরিভক্তিসুধোদয়' হায়বা লাইরিক্কী মতুঙ ইন্না 'ইত্থম্ভূত' শব্দগী অর্থদি 'মপূঙ ফাবা নুংঙাইবা' (পূর্ণ আনন্দ) হায়বনি। নিরাকার ব্রহ্মবু উপলব্ধি তৌবদা ফংবা দিব্য আনন্দ হায়বহুদি শন খোজুন্দা থজিক্তং লৈবা ঈশীংগা চাংদম্নবা য়াই। মসিদি পরমেশ্বর ভগবান্বু উরগা ফংবা নুংঙাইবগী ঈপাক্তা চাংদম্নবদি কন্নিসু লৈতবা কৌরে। ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী সবিশেষ রূপ অহুদি কয়ামুক চিংশন ওম্বনো হায়ববু মীনা চিংশনবসিদা চিংশনবা পুম্বা, নুংঙাইবা পুম্বা অমদি রস পুম্নমক য়াওরবনি। চিংশনবশিংসে কয়ামুক মপাঙ্গল লৈবগে হায়ববু ভুক্তি (লনথুমগী নুংঙাইবা), যোগ ঐশ্বর্য্য হান্নবদি সিদ্ধিশিং,

অমসুং মুক্তি মখোয় অহুমসিগা শিন্নসি হায়বদা কনামতনা য়ানীংদে। হায়রিবা রাকমসি য়োক-খংনবগীদমক মুক্তি-তর্ক চঙদে। কনাগুম্বা মী অমগী লম্নাই স্বভাবতগী ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী গুণশিংনা মীহুবু চিংশল্লি। ভগবান্গী গুণশিংদি মীরয়েনগী গুণগুম্বা নত্তে হায়বসে ঐখোয়না লেপ্পমক খঙগদবনি। ভগবান্গী গুণশিংদি সৎ-চিৎ-আনন্দগী মশক্তি। ভগবান্গী গুণদি মশীঙ থীঙমদবনি। গুণ অমনা কনাগুম্ববু চিংশল্লি অদুগা অতোপ্পা কনা অমবু অতোপ্পা গুণ অমনা চিংশল্লি।

মপুন্সি চুপ্পা য়ুম পান্দবা সনক, সনাতন, সনন্দ, অদুগা সনৎকুমার-খোয়গুম্বা মহা-ঋষিশিংবু ভগবান্গী খোঙ থম্বান্দা কৎপা লৈরাং অমদি চন্দন-চাইরবা তুলসী মনাগী মুংশিরবা মনম্না চিংশল্লি। মতৌ অদুগুম্না শুকদেব গোস্বামীবু ভগবান্গী দিব্য লীলাশিংনা চিংশল্লি। শুকদেব গোস্বামীদি হান্নমা মুক্ত অবস্থাদা লৈরবনি, অদুমকপু মপুক্লীংথু ভগবান্গী লীলাশিংনা চিংশল্লি। মসিনা প্রমাণ তৌরিবদি ভগবান্গী লীলাশিংগী মগুণদি প্রাকৃত বিষয়গা সম্বন্ধ লৈতে হায়বথুনি। মতৌ অদুগুম্না গোপকুমারীশিংবুসু ভগবানগী ছাবাম্না চিংশনখি, অমসুং রুক্মিণী দেবীগী পুক্লীংথু ভগবান্গী গুণমহিমা নাকোঙনা তাকুবদগী চিংশনখিরম্মী। শ্রীকৃষ্ণনা লক্ষ্মীগী পুক্লীং ফাওবা চিংশল্লম্মী। থোইদোকপা মকমশিংদা নহাওইবী যুবতী পুম্নমক্কী পুক্লীংবু চিংশল্লি। মহাক্না অহন ওইবীশিংগী পুক্লীংবু বাৎসল্য প্রেম্না চিংশল্লি। দাস্য (নাই ওইবা) অদুগা সখ্য (মমান্নবা মরূপ ওইবা) রসদা লৈবা মুপাগী পুক্লীংবু মহাক্না চিংশল্লি।

'হরি' শব্দগী অর্থদি য়াম্মী, অদুবু শব্দসিগী অর্থ মকোক্তি মহাক্না (ভগবান্না) অমঙ্গলগী মশক ওইবা পোৎ খুদিংমকপু মায়থিবা পী অদুগা অশেঙবা দিব্য প্রেম পীরগা ভক্তগী পুক্লীং হুদোকয়ি হায়বসিনি। শাথীনা রাববা ফীভমদা তাববা কনাগুম্বনা ভগবান্বু নীংশিংলগা অরা-মৈচাক কোক্কুনা পুক্লীং রাই শংঙী। অদুদগী মথঙ মথঙ তৌরকপনা ভগবান্না পুকচেল শেংবা ভক্তগী সেবাদা লাক্কদবা যৈখায় থীঙ্গাই পুম্বা কোকথোকপী, অদুদগীদি শ্রবণ, কীর্ত্তন-নচিংবা নববিধা ভক্তি ফল অদু উবা ফংলকই।

ভগবান্না মাগী রূপ অমসুং দিব্য গুণশিংনা শুদ্ধ ভক্তগী পুক্লীংগী থবক পুম্নমকপু চিংশল্লি। অসুম তৌই ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী চিংশল্লবা শক্তিদি। চিংশনবদু কয়ামুক মপাঙ্গল কনবগে হায়বদু শুদ্ধ ভক্তনা ধর্ম্ম-অর্থ-কাম মোক্ষ বর্গ মরিসিগী অমতসু পামলক্তে। হায়রিবসি ভগবান্গী দিব্য গুণশিংনা চেল্লিবা চিংশনবগী মওংশিংনি। মসিগী মথক্তা 'অপি' অমসুং 'চ' হায়বা শব্দ অনীসি তিনশল্লগা শ্লোকসিগী অর্থ মশীঙ হেঙ্গৎহনবা ঙমগনি। সংস্কৃত ব্যাকরণগী মতুং ইন্না 'অপি' শব্দগী অর্থ তরেৎনি।

মরমসিনা শ্লোকসিগী শব্দ খুদিংবু ব্যাখ্যা তৌর তৌরগা কনাগুম্বনা শুদ্ধ ভক্তগী পুক্লীং চিংশল্লিবা ভগবান্গী মশীঙ থীঙমদবা দিব্য গুণশিংদো উবা ফংগনি।

শ্লোক ১১

**হরেগুর্ণাক্ষিপ্তমতির্ভগবান্ বাদরায়ণিঃ।**
**অধ্যগান্মহদাখ্যানং নিত্যং বিষ্ণুজনপ্রিয়ঃ॥ ১১॥**

শব্দার্থ

হরেঃ—পরমেশ্বর ভগবান্ শ্রীহরিগী; গুণ—গুণ; আক্ষিপ্ত—লুপ্লবা; মতিঃ—বুদ্ধি; (গুণ-অক্ষিপ্ত-মতিঃ—গুণশিংনা চিংশনপ্রবা থম্মোইনা মাগী ওইরিবা); ভগবান্—শক্তি চেনবা; বাদরায়ণিঃ—ব্যাসদেবগী মচানুপা শুক; অধ্যগাৎ—(খঙনবা) তম্লম্মী; মহৎ—অচৌবা; আখ্যানম্—বারী (ভাগবত কৌবা মহাপুরাণ); নিত্যম্—মতম পুম্বদা; বিষ্ণুজন—ভগবান্ বিষ্ণুগী ভক্ত; প্রিয়ঃ—নুংশিরবা, (বিষ্ণুজনপ্রিয়ঃ—বৈষ্ণবশিংবু নুংশিজরিবা)।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীলব্যাসদেবগী মচাবুংঙো শ্রীলশুকদেব গোস্বামীদো দিব্য শক্তি চেনবনি, অদুগীসু মথক্তা বৈষ্ণবশিংবু নুংশিজবা মীনি। মরম অসিনা মহাক্না বারী অচৌবসি (শ্রীমদ্ভাগবতম্সি) অধ্যয়ন তৌখিবনি (তমখিবনি)।

নৈনবোল

ব্রহ্মবৈবর্ত্ত পুরাণগী মতুঙ ইন্না, শ্রীলশুকদেব গোস্বামীদি মমাগী গর্ভদা লৈরিঙৈদগী হৌনা মুক্ত আত্মা ওইরক্লবনি। অঙাঙতনা পোক্লবা মতুংদা য়ুমদা লৈরোই হায়বসি শ্রীলব্যাসদেবনা খঙলম্মী। মরমদুনা ব্যাসদেবনা অঙাঙদুগী থম্মোইদা ভাগবতম্গী সারাংশদু মমি তাহল্লম্মী, মরমদি মদুম তৌরগা অঙাঙদুবু ভগবানগী দিব্য-লীলা লুপহনবা য়াগনি খল্লম্বননি। পোক্লবগী তুংদা অঙাঙদুদা ভাগবতম্গী অশেঙবা শ্লোকশিংদু থীবগা ভাগবতকী বিষয়দা অমুক্তা হেন্না তম্বীখি।

সাধারণ ওইনা মুক্তাত্মাশিংদি অদ্বৈতবাদকী মত ইন্দুনা ব্রহ্মদা তিল্লনবা হায়দুনা নির্ব্বিশেষ ব্রহ্মদা পুক্নীং থিংজল্লে। অদুবু ব্যাসদেবগুম্বা শুদ্ধ ভক্তশিংগা সঙ্গ তৌরগদি মুক্তাত্মা ওইবা মীসু ভগবান্গী দিব্যগুণশিংদা মমায় ওনশল্লি। শ্রীনারদকী কৃপাদগী শ্রীলব্যাসদেবনা শ্রীমদ্ভাগবতম্ কৌবা মহাকাব্যসি লীবা ঙমখি, অদুগা ব্যাসদেবগী কৃপাদগী শ্রীলশুকদেব গোস্বামী মহাকাব্যসিগী অর্থ লৌশনবা ঙমখি। ভগবান্গী দিব্যগুণশিংগী চিংশল্লবা শক্তি কয়ামুক লৈরম্বগে হায়ববু শ্রীলশুকদেব গোস্বামীদো নির্ব্বিশেষ ব্রহ্মদা লুপ্লম্বদগী পুঙহন হন্দোরকখি, অদুগা থাঙ্গৈশেংনা ভগবান্ মশামকী লীলাশিংসু লৌখৎখি।

পরমেশ্বর ভগবান্গী নির্ব্বিশেষ ওইবা শক্তমদা লুপ্তনা মতম অসুক য়াম্বা অরেম্বদা মাঙহল্লুরে হায়না মপূকপুংদা খল্লদুনা পরতত্ত্ববু নির্ব্বিশেষ ওইনা লৌরম্বদগী অওইবা ওইনা হন্দোরকখি। অমরোমদা হায়রগা মঙোন্দা নির্ব্বিশেষ ওইবা শক্তমদগী ফংবা নুংঙাইববুদি সবিশেষ ওইবা শক্তমদগী ফংবা নুংঙাইবনা হেনখি। মতমদুদগী মহাক 'বিষ্ণুজন' হায়বদি ভগবান্গী ভক্তশিংগী য়াম্না নুংশিবা ওইবতা নত্তনা মহাক্তসু বিষ্ণুজনশিংবু নুংশিখি। জীবাত্মাশিংগী ব্যক্তিত্ব (তোঙাম্ভাবা শক্তম্) হাম্ভোকনিংদবা অদুগা ভগবান্গী মনাই ওইনীঙবা ভক্তশিংনা নির্ব্বিশেষবাদীশিংবু য়ানীংলমদে, মতৌ অদুম্না ব্রহ্মদা তিনবা পাম্বা নির্ব্বিশেষবাদীশিংনসু ভগবদ্ভক্তশিংবু য়ানীংদে। মতৌ অসুম্না থায়না মমাঙলৈদগী হৌনা পরমার্থী মথল অনীসি মরক মরক্তা অমগা অমগা হেনবা তাল্লরক্লি। অমরোমদা হায়রগা পোলোইগী সবিশেষ নৎত্রগা নির্ব্বিশেষ উপলব্ধি তৌবা মতুং ইন্না অমনা অমদগী থাপ্না লৈমনীঙলম্মী। মরমসিনা শ্রীলশুকদেব গোস্বামীসু ভক্তশিংবু য়ানীংলমদবা মতৌ মাল্লি। অদুবু মহাক্না ভক্তিনা হারবা ভক্ত হায়বদু ওইরকপা মতমদগীদি বিষ্ণুজনশিংগা দিবা সঙ্গ তৌবদু পামজরম্মী, অদুগা

মহাত্মা সবিশেষবাদী 'ভাগবত' (ভগবান্গী ভক্ত) ওইরক্লবদগী বিষ্ণুভক্তশিংনসু মাগা সঙ্গ তৌনীংলম্মী। অসুম্না মপা মচা অনীমক ব্রহ্মগী দিব্যজ্ঞানবু মপুঙ ফানা খঙলম্মী, অদুগা মতুঙদা মখোয় অনীমক পরমেশ্বর ভগবান্গী সবিশেষ ওইবা শক্তমদা থৱাই লুপশিনখি। শুকদেব গোস্বামীগী পুক্নীংবু কক্মা ভাগবতম্গী ৱারীনা চিংশনখিবগে হায়বগী ৱাহংগী পাওখুমদি নৈনৱিবা শ্লোকসিনা পীরে।

## শ্লোক ১২

**পরীক্ষিতোঽথ রাজর্ষের্জন্মকর্মবিলাপনম্।**
**সংস্থাঞ্চ পাণ্ডুপুত্রাণাং বক্ষ্যে কৃষ্ণকথোদয়ম্ ॥ ১২॥**

### শব্দার্থ

পরীক্ষিতঃ—পরীক্ষিৎ নিংথৌগী; অথ—অসুম্না; রাজর্ষেঃ—নিংথৌ-লক্তা ঋষি ওইবা নিংথৌগী; জন্ম—পোকপা; কর্ম—থবক; বিলাপনম্—মুক্তি নক্লগা শিবা; সংস্থাম্—সংসার থাদোকপা; চ—অমসুং; পাণ্ডুপুত্রাণাম্—পাণ্ডুগী মচানুপাশিংগী; বক্ষ্যে—ঐ লীগে; কৃষ্ণ-কথা-উদয়ম্—পরমেশ্বর ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী কথা থোবকপা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সূত গোস্বামীনা শৌনকনচিংবা ঋষিশিংদা হায়বম্মী—হৌজিক ঐহাক শ্রীকৃষ্ণগী কথা লীথরক্লবা নিংথৌলক্তা ঋষি ওইবা পরীক্ষিৎ নিংথৌনা পোকপগী অদুগা মানা তৌরম্বা থবকশিংগী অদুগা মুক্তি (মৃত্যু) ফংবগী মরমদা অমসুং পাণ্ডু নিংথৌগী মচানুপাশিংনা সংসার থাদোকপগী ৱারী লীবা হৌবগে।

### নৈনরোল

ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনা সংসার ঈপাক্তা তারবা জীবশিংবু (পতিত জীববু) চানবীবা মরম্না জীব মখল মখলগী মরক্তা অবতার তৌরম্মী অদুগা মুতিগী লীলাদা জীবশিংগা লোয়নননা শরুক য়াবী। ভগবান্গী লীলাগা মরী লৈনবা ঐতিহাসিক ওইবা থৌদোক খুদিংমক অরিববু ওইরবসু অনৌববু ওইবসু ভগবান্গী দিব্য ওইবা ৱারীনি হায়না খঙনগদবনি। পুরাণশিং অমসুং মহাভারতকুম্বা বেদদা নপশল্লকপা সাহিত্য অপূম্বা কৃষ্ণ য়াওদ্রবদি চুয়তগী ৱারী নত্রগা ঐতিহাসিক ওইবা ৱারীনি। তৌইগুম্বসুং কৃষ্ণ য়াওরগদি ৱারী পুম্নমক দিব্য (প্রাকৃত-নত্তবা) ওইরকই, অদুগা ৱারীশিংদু ঐখোয়না শ্রবণ তৌরুরবা মতমদা খুদক্তা ঐখোয় ভগবান্গা দিব্য-সম্বন্ধদা লৈরকই। শ্রীমদ্ভাগবতম্সু পুরাণ অমনি, অদুবু পুরাণসিগী থোইদোকপা মগুণদি কৃষ্ণগী লীলানা মাগী মরুওইবা ৱারীনি, ঐতিহাসিক ওইবা হাপচল্লকপা থৌদোক ভাক নত্তে। মরমসিনা ভগবান্ শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা শ্রীমদ্ভাগবতম্বু মকুবা পুরাণনি হায়রম্মী। ভাগবতপুরাণগী খঙবা-ৱাংপা ভক্ত কাঙবু অমা লৈ, মখোয়সিনা তরাশুবা স্কন্ধদা য়াওরিবা শ্রীকৃষ্ণগী ৱারীশিংদুদবু হেক্তা হান্নানা আস্বাদন তৌনবা (মহাও তংনবা) হোৎনৈ, মমাঙথংবা স্কন্ধশিংবু হান্না খঙদোক্কে হায়দে। স্কন্ধ অতৈসে কৃষ্ণগা মরী লৈনদবনি হায়না মখোয়না শেরান্নানা লৌই অদুগা অপঙ থৌনাদা দশম স্কন্ধ পাঠ হেক্তা তৌখৎলি। অসিগুম্বা পাঠকশিংদা শ্লোকসিনা থোইদোক হেন্দোক্লা তাক্লী মহুদি—দশম স্কন্ধগুম্না অতৈ স্কন্ধশিংসু মরুওইবা ভাক্তনি। কনাগুম্বা অমতনা মমাঙগী স্কন্ধ মাপলগী ৱারোল শুনা খঙত্রিবমখৈ তরাশুবা স্কন্ধগী ৱারোল খঙনবা হোৎনফদে। কৃষ্ণগা মাগী শুদ্ধ ভক্তশিংগা খোঙদাযম চপ মান্ননা লৈ। কৃষ্ণদি মাগী রস পুম্নমক্কী

ভক্তশিং য়াওজ্রবদি য়াদে, অদুম্না পাণ্ডবখোয়গুম্বা শুদ্ধ ভক্তশিংসু কৃষ্ণ য়াওদনদি খক য়াদে। ভক্তশিংগা ভগবান্‌গগী মরক্তা সম্বন্ধ অমা লৈ, মখোয় থাইদোক্নবা ইয়া য়াদে। মরমসিনা মখোয়গী মরমদা ঙাঙবা রাদি কৃষ্ণগী রা (কৃষ্ণ কথা) ঙাক্তনি।

শ্লোক ১৩-১৪

**যদা মৃধে কৌরবসৃঞ্জয়ানাং বীরেষথো বীরগতীং গতেষু।**
**বৃকোদরাবিদ্ধগদাভিমর্ষভগ্নোরুদণ্ডে ধৃতরাষ্ট্রপুত্রে ॥ ১৩ ॥**
**ভর্তুঃ প্রিয়ং দ্রৌণিরিতি স্ম পশ্যন্ কৃষ্ণাসুতানাং স্বপতাং শিরাংসি।**
**উপাহরদ্বিপ্রিয়মেব তস্য জুগুপ্সিতং কর্ম্ম বিগর্হয়ন্তি ॥ ১৪ ॥**

শব্দার্থ

যদা—মতমদুদা; মৃধে লান্দা, লানফমদা; কৌরব—ধৃতরাষ্ট্রগী দল; সৃঞ্জয়ানাম্—পাণ্ডবশিংগী কাণ্ডবুগী; (কৌরবসৃঞ্জয়ানাম্—কৌরব অমসুং পাণ্ডবশিং); বীরেষু—অথৌবশিং; অথো—অসুম্না; বীরগতীম্—লান্থৌবশিংগী পম্বুং; গতেষু ফংলবদা; বৃকোদর—ভীম (অনীশুবা পাণ্ডব); অবিদ্ধ—য়েববা; গদা—গদানা (চৈতুপ্পা); অভিমর্ষ—কপ্পিবা; ভগ্ন তেকপা; উরুদণ্ডে—ফৈক; (বৃকোদরাবিদ্ধ-গদাভিমর্ষভগ্নোরুদণ্ডে—ভীমনা থাজল্লকপা গদানা শোকপদগী ফৈরু তেক্লবদা); ধৃতরাষ্ট্র-পুত্রে—ধৃতরাষ্ট্র মহারাজগী মচানুপা; ভর্তুঃ—মপুগী; প্রিয়ম্—অপাম্বা; দ্রৌণিঃ—দ্রোণাচার্য্যগী মচানুপা অশ্বত্থামা; ইতি—অসুম্না; স্ম—ওইগনি; পশ্যন্—উদুনা; কৃষ্ণা—দ্রৌপদী; সুতানাম্—মচানুপাশিংগী; (কৃষ্ণা-সুতানাম্—দ্রৌপদীগী মচানুপাশিংগী); স্বপতাম্—তুমখুন্ তাল্লিবশিংগী; শিরাংসি—কোকশিং; উপাহরৎ—খুদোল ওইনা পীবম্মী; বিপ্রিয়ম্—পেন্নঙাই ওইদবা; এব—গুম্না; তস্য—মহাক্কী; জুগুপ্সিতম্—য়েনা তুক্কচনঙাই ওইবা; কর্ম্ম—থবক; বিগর্হয়ন্তি—তুক্কচরম্মী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কৌরব অমসুং পাণ্ডবশিংগী লান্দা অথৌবশিংনা স্বর্গধাম ফংথ্রবা অদুগা ভীমসেন্না থারকপা গদানা দুর্য্যোধনগী ফৈরু থুদেক্লবা মতমদা দুর্য্যোধন্না পেন্নবনি হায়দুনা দুর্য্যোধনফাওবা য়ানীংদবা ময়াম্নসু য়েনা তুক্কচরবা থবক—দ্রৌপদীগী মচানুপাশিংবু তুম্লিঙৈদা হাৎলগা অঙাঙগী কোকশিংদু খুদোল ওইনা পীবম্মা থবক অদু দ্রোণগী মচানুপা অশ্বত্থমানা তৌখি।

নৈনরোল

শ্রীমদ্ভাগবতম্‌দা য়াওরিবা শ্রীকৃষ্ণভগবান্‌গী লীলা কথাদি কুরুক্ষেত্রগী লাল লোইবা মতাঙদগী হৌয়ি; কুরুক্ষেত্রসিদা শ্রীভগবান্ মশামক্না ভগবদ্গীতাদা মশামক্কী মরমদা রা ঙাঙখি। মরমসিনা ভগবদ্গীতা অমসুং শ্রীমদ্ভাগবতম্ অনীমক ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী লীলা কথা ঙাক্তনি। গীতাসে কৃষ্ণ কথানি মরমদি মদু শ্রীকৃষ্ণ ভগবান্‌মক্না ঙাঙখিবা রানি, অদুগা ভাগবতম্‌সু কৃষ্ণকথানি মরমদি মসি শ্রীভগবান্‌গী মরমদা ঙাঙবা রানি। শ্রীভগবান্‌গী য়াথং মতুং ইন্না মী খুদিংমক্না কৃষ্ণ কথা অনীমকসি খঙবদু ভগবান্ শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা পামলম্মী। ভগবান্ কৃষ্ণচৈতন্যদি কৃষ্ণভক্তগী শক্তম লৌবা কৃষ্ণ মশামকনি। মরমদুনা ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণ অমসুং শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য মহাপ্রভু অনীনা হায়বা রাদি অমতনি, চপ মান্নবনি। ভগবান চৈতন্যনা পান্নম্বদি ভারতবর্ষদা পোকপা মীপুম খুদিংমকনা

অসিগুম্বা কৃষ্ণ কথাশিংসে থরাই য়াওনা খঙজনবা অদুগা মুন্না খঙলবা মতুঙদা দিব্য কথাসে পৃথিবীগী শরুক পুম্নমক্তা লৈরিবা মীপুম থূদিংমক্তা শন্দোকপা অদু পান্নমী। অসিতনা অবা-তারবা পৃথিবীনা পাম্বা শান্তি অমসুং চাওখৎপদু থোকহনবা ঙমগনি।

শ্লোক ১৫

**মাতা শিশূনাম্ নিধনং সুতানাং নিশম্য ঘোরং পরিতপ্যমানা।**
**তদারুদৎ বাষ্পকলাকুলাক্ষী তাং সান্ত্বয়ন্নাহ কিরীটমালী ॥ ১৫ ॥**

শব্দার্থ

মাতা—মমানা; শিশূনাম্—অঙাং পিক্লিবশিংগী; নিধনম্—হাৎপা; সুতানাম্—মচানুপাশিংগী; নিশম্য—নাকোঙনা তারদুনা; ঘোরম্—তমথিরবা মওংদা; পরিতপ্যমানা—মৈচাক কংলিবীনা; তদা—মতমদুদা; অরুদৎ—কপ্পা হৌখৎলকখি; বাষ্প-কল-আকুল-অক্ষি—মীৎলুদগী পিরাং শিম্বরিবী; তাম্ মাবু, সান্ত্বয়ন্—পূকথেম্নদুনা; আহ—হায়খি; কিরীটমালী—অর্জ্জুন-না।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অঙাঙ মঙাগী মমা ওইবী দ্রৌপদীনা মচানুপাশিংবু হাৎখিবগী রা তারবদা মীৎলুদগী পিরাং শিন্দুনা কপ্লম্মী। মহাক্কী মবুক থেমজন্নবা হায়দুনা অর্জ্জুন-না অসুম্না হায়রম্মী।

শ্লোক ১৬

**তদা শুচস্তে প্রমৃজামি ভদ্রে যদ্ ব্রহ্মবন্ধোঃ শির আততায়িনঃ।**
**গাণ্ডীবমুক্তৈর্বিশিখৈরুপাহরে ত্বাক্রম্য যৎ স্নাস্যসি দগ্ধপুত্রা ॥ ১৬ ॥**

শব্দার্থ

তদা মতমদুদা; শুচঃ—রাবনা কপ্পগী পিরাং; তে—নহাক্কীঃ প্রমৃজামি—তৈথোক্কনি; ভদ্রে—হে অথিংবী ইবেম্মা, যৎ—মতমদুদা; ব্রহ্মবন্ধোঃ—লৈখাতারবা ব্রাহ্মণগী, শিরঃ—কোক; আততায়িনঃ—য়েক্লবগী; গাণ্ডীবমুক্তৈঃ—গাণ্ডীব কাপতুনা; বিশিখৈঃ—তেঞ্জৈনা; উপহরে—নঙোন্দা খুদোল তৌগনি; ত্বা—নশামক; আক্রম্য—থক্তা কাদুনা; যৎ—মদু; স্নাস্যসি—স্নান তৌই; দগ্ধপুত্রা—নচানুপাশিংবু মৈ থাবা মতুঙদা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে অতপ্পী ইবেম্মা, ঐনা ঐগী গাণ্ডীব-লীকংদগী কাপ্পা তেঞ্জৈনা আততায়ী (য়েক্লবা) অদুবু হাৎলগা তোল্লবা ব্রাহ্মণদুগী মকোক্কু নঙোন্দা খুদোল তৌবা মতমদুদা নঙগী মীৎলু-পিরাং তৈথোকপীগনি। অদুদগী নচানুপাশিংগী হকচাঙশিংদু মৈ থারবা মতুংদা নঙনা ব্রাহ্মণদুগী কোকথক্তা লেপখৎতুনা নহাক্না স্নান তৌগনি।

নৈনরোল

য়ুম মৈ থাবা মী, হু পীজবা মী, খঙহৌদনা শিবা য়াবা খুৎলাইনা থাজল্লকপা মী, লল লুট তৌবা মী নম্নগা লৌবুক মুনবা মী, নৎত্রগা মতুগী কাদা শোকপা মী অসিগুম্না য়েক্লববু

আততায়ী কৌয়ি। অসিগুম্বা আততায়ীদি ব্রাহ্মণ ওইরবসু নৎত্রগা ব্রাহ্মণনা পোকপা ওইরবসু মফম মতম খুদিংমক্তা শাস্তি পীফম থোকই। অর্জ্জুন-না অশ্বত্থামা কৌবা আততায়ীগী মকোক কক্কে হায়না রাশকপা মতমদা অশ্বত্থামাদো ব্রাহ্মণ অমগী মচানুপানি হায়বা মহাক মুন্না খঙলম্মী। ব্রাহ্মণনি হায়রগা শাহাৎ-শারেন্নবা অমগী শাজৎ চৎলম্বা মরম্না মাবু আততায়ী অমনি হায়না লৌরম্মী। অদুনা য়াম্না ফত্তবা ওইরবা ব্রাহ্মণগী মচাবু হাৎপদা পাপ চঙগনি হায়বগী রা লৈতে।

শ্লোক ১৭

**ইতি প্রিয়াং বল্গুবিচিত্রজল্পৈঃ স সান্ত্বয়িত্বাচ্যুতমিত্রসূতঃ।**
**অন্বাদ্রবৎ দংশিত উগ্রধন্বা কপিধ্বজো গুরুপুত্রং রথেন॥ ১৭॥**

শব্দার্থ

ইতি—অসুম্না; প্রিয়াম্—মুংশিবীগী মফমদা (দ্রৌপদীদা); বল্গু—অথৌবা; বিচিত্র– মখল মখাগী; জল্পৈঃ—রাভাঙশিংনা; সঃ—মহাক্না (অর্জ্জুন-না); সান্ত্বয়িত্বা—পুকথেন্নগা; অচ্যুত-মিত্র-সূতঃ—মাঙতাকপা লৈতবা ভগবান্না মাগী মরুপ অমসুং শাথৌবা ওইরবা অদুগুম্বা অর্জ্জুনা; অন্বাদ্রবৎ—তুং ইল্লম্মী; দংশিত—কবচনা য়োম্নম্বা; উগ্রধন্বা—অকিবগী মশক ওইবা লীকুং তেন পায়বা; কপিধ্বজঃ—হনুমান তোংবা ফিরালনা মাগী ওইবা মহাক; গুরুপুত্রম্—গুরুগী মচানুপাবু; রথেন—দোলাই তোংদুনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অমাঙ অতা লৈত্রবা ভগবান্না মরুপ অমসুং সারথি ওইরিবা অর্জ্জুন্না মতৌ অসুম্না মখল মখাগী থুমলবা রাভাঙনা মাগী মুংশিরবী দ্রৌপদীবু থেমজল্লম্মী। অদুদগী কবচনা মশা পুম্বা য়োমলগা অকিবগী মশক ওইবা লীকং-তেন পায়খৎলগা দোলাইদা কাখৎলগা গুরুনা পোকপা অশ্বত্থামাবু তান্নরকখি।

শ্লোক ১৮

**তমাপতন্তং স বিলক্ষ্য দূরাৎ কুমারহোদ্বিগ্নমনা রথেন।**
**পরাদ্রবৎ প্রাণপরীপ্সুরুর্ব্ব্যাম্ যাবদ্গমং রুদ্রভয়াদ্‌যথা কঃ॥ ১৮॥**

শব্দার্থ

তম্—মহাকপু; আপতন্তম্—তান্নরকপা; সঃ—মহাক্না; বিলক্ষ্য– উরদুনা; দূরাৎ—অথাপ্পদগী; কুমার-হা—অঙাং হাৎপা; উদ্বিগ্নমনা—পুক্নীং-লাঙতক্লরবা; রথেন—রথ তোংদুনা; পরাদ্রবৎ— চেল্লম্মী; প্রাণ—থবাই; পরীপ্সুঃ- হিংবা পাম্বনা; (প্রাণ-পরীপ্সুঃ—থবাই হিংবা পাম্নিবা মহাক); উর্ব্ব্যাম্—পৃথিবী মথক্তা নৎত্রগা য়াম্না য়াঙনা; যাবৎ-গমম্—চেনবা ঙম্নিবমখৈ; রুদ্র-ভয়াৎ- শিব মহাদেববু কিবদগী; যথা—মদুগুম্না; কঃ—ব্রহ্মানা (নৎত্রগা অর্কঃ-সূর্য্যনা)।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অঙাঙ হাৎপা অশ্বত্থামাদুনা অরাপ্পদগী দোলাই তোংদুনা অর্জ্জুন্না চেনশল্লকপদু উরদুনা, ব্রহ্মানা শিব মহাদেববু কিদুনা য়াম্না য়াঙনা চেনবগুম, থম্মোই তনীক তনীক্না মথবাই হিংনবগীদমক ঙমজবমখৈ খোঙনা কন্না চেল্লম্মী।

নৈনরোল

শ্লোক অসিদা য়াওরিবা পাঠসিগী মতুংইন্না হায়বদি কঃ ওইরবস্মু নংত্রগা অর্কঃ ওইরবস্মু পুরাণশিংদা রাকম অনীথক লৈ। কঃ শব্দগী অর্থদি ব্রহ্মা হায়বনি; মতম অমদা ব্রহ্মাসি মচানুপীনা মিহৌহল্লবদা মচানুপীগী তুং কোয়ইন ইনখি। মতুদা শিবনা শাউখি, অতুনা মহাক্না ব্রহ্মাদা ত্রিশূল থিনগে তৌখি। ব্রহ্মাজীনা মথৱাই মাঙবা তারে হায়না কিবদগী কোয়চেল চেনখি। অর্কঃ-গী মবমদস্মু বামন পুরাণ হায়বতুদা রাগ্নী অমা য়াওরি। বিদ্যুন্মালী কৌবা হিংচাবা অমা লৈরম্মী। মহাক্কী লংত্রিক লংবা সনাগী দোলাই অপাইবীদা তোংলগা সূর্য্যদেবগী তুং ইন্দুনা চংলম্মী। মাগী দোলাই অপাইবীসিগী লংত্রিক লংবা মঙান্দুনা অমম্বা অহিং লৈখিদরে। মতুদা সূর্য্যদেবনা শাউখি, অতুগা মাগী প্রোক-প্রোক চাকপা মুংশাগী মৈশানা (বিদ্যুন্মালীগী) দোলাই অপাইবীদো চাকথেক্লে। মতুদা শিবনা শাউখি। মতুদগীদি ভগবান্ শিবনা সূর্য্যগী মথক্তা লান্দারকখি। সূর্য্যদেবতু চেনগ্রে অতুগা কাইনথংদা কাশীদা (বারাণসীদা) তারুরে; মানা তারুবা মফমদো 'লোলার্ক' হায়না খঙনখি।

শ্লোক ১৯

**যদাশরণমাত্মানমৈক্ষত শ্রান্তবাজিনম্।**
**অস্ত্রং ব্রহ্মশিরো মেনে আত্মত্রাণং দ্বিজাত্মজঃ ॥ ১৯ ॥**

শব্দার্থ

যদা মতমদা, অশরণম্—চঙজফম লৈত্রবা ওইনা; আত্মানম্—মশাবু; ঐক্ষত—উখি, শ্রান্তবাজিনম্—শগোলশিংদো চোকথরম্বা, অস্ত্রম্—খুৎলাই, ব্রহ্মশিরঃ—খ্বাইগী মকোক নংত্রগা অরোইবী (আণবিক); মেনে—ওই হায়না লেপখি; আত্মত্রাণম্—মশা কন্নঙাই; দ্বিজ-আত্মজঃ—ব্রাহ্মণগী মচানুপা (অশ্বত্থামা)।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ব্রাহ্মণগী মচানুপা (অশ্বত্থামা) অতুনা মশাবু চঙজফম লৈত্রবা অমা ওইনা অতুগা মাগী শগোলশিংনা চোকথবহুতু উরবা মতমদা ব্রহ্মাস্ত্রবু (আণবিক বোমাবু) মশা কন্নঙাই ওইনা খনখি।

নৈনরোল

পুঙলোই লোইবা মতাঙদা, উপায় অতোপ্পা অমা লৈরক্ত্রবদা ব্রহ্মাস্ত্র কৌবা খুৎলাইসে শীজন্নৈ। 'দ্বিজাত্মজঃ' হায়বা শব্দসি মফমসিদা মমুঙগী অর্থ অমা পুরি, মরমদি অশ্বত্থামাসে দ্রোণাচার্য্যগী মচানুপা ওইরবস্মু মতীক চাবা ব্রাহ্মণ নংলমদে। খ্বাইদগী জ্ঞান লৈবা মীবু ব্রাহ্মণ কৌবনি, মসি পা-পুদগী স্বতঃ ওইনা ফংগদবা উপাধি নত্তে। অশ্বত্থামাবু মমাঙদস্মু মফম অমদা ব্রহ্মবন্ধু হায়বদি ব্রাহ্মণগী মরী থোকপা হায়না কৌগ্রবনি। ব্রাহ্মণগা মরী থোক্নৈ হায়বসিগী অর্থদি মগুণ লৈতুনা ওইবা ব্রাহ্মণ অমনি হায়বা নত্তে। ব্রাহ্মণ অমগী মরী মতা নংত্রগা মচানুপা অমনা মপুঙ ফানা গুণ চেল্লবা মতমদা মহাকপু ব্রাহ্মণ কৌগনি, অতু নংত্রবদি কৌবা য়াদে। অশ্বত্থামাগী রাখন্দো মুন্দবনিনা মহাকপু মফমসিদা 'দ্বিজাত্মজ': (ব্রাহ্মণগী মচা) হায়রিবসি হায়গে হায়বা অমা য়াওনা হাযরিবনি।

**অথোপস্পৃশ্য সলিলং সংদধে তৎসমাহিতঃ।**
**অজানন্নপি সংহারং প্রাণকৃচ্ছ্র উপস্থিতে॥ ২০॥**

শব্দার্থ

অথ—অসুম্না; উপস্পৃশ্য—আচমন তৌদুনা; সলিলম্—ঈশীং; সংদধে—মন্ত্র শোল্লম্মী; তৎ—মদু; সমাহিতঃ—ধ্যান তৌদুনা; অজানন্—খঙদনা; অপি—সু; (অজানন্-অপি—খঙদ্রবসু); সংহারম্—হন্জন্বা; প্রাণকৃচ্ছ্রে—থবাই মাঙবা য়ানা খুদোংথীবা; উপস্থিতে—লাক্লবদা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অদুদগীদি মথবাই মাঙগদোবা তাল অদু লাকপা উরদুনা অশ্বত্থামা অদুনা ব্রহ্মাস্ত্র হন্জন্বা হৈত্রবসু আচমন তৌদুনা ধ্যান তৌরগা ব্রহ্মাস্ত্রদো কাপ্লম্মী।

নৈনবোল

প্রাকৃত ওইবা থবক্কী অকুপ্পা মওঙদি হেন্না পৌবা থৌদোদগী কুপথবা হেল্লী। অসিগুম্বা প্রাকৃত ওইবা থবক্কী অকুপ্পা মওঙশিংদি শব্দবু (খোন্বু) শেংদোক্লগা (পবিত্রীকৃত ওইহল্লগা) থোকহল্লি। হায়রিবা থৌদোক্তুমক মফমসিদা মন্ত্র শোল্লগা ব্রহ্মাস্ত্র ওইনা তৌবা য়াননবা শীজল্লরম্মীবনি।

শ্লোক ২১

**ততঃ প্রাদুষ্কৃতং তেজঃ প্রচণ্ডং সর্বতোদিশম্।**
**প্রাণাপদমভিপ্রেক্ষ্য বিষ্ণুং জিষ্ণুরুবাচ হ॥ ২১॥**

শব্দার্থ

ততঃ—অদুগী তুংদা; প্রাদুষ্কৃতম্—থোরকখি; তেজঃ—মৈঙাল; প্রচণ্ডম্—অকিবগী মশক ওইরবা, সর্বতঃ—পুঙশন্ শম্না; দিশম্—মায়কৈ পুম্বা; প্রাণ-আপদম্—থবাইগী খুদোংথীবা; অভিপ্রেক্ষ্য—উরদুনা; বিষ্ণুম্—শ্রীকৃষ্ণদা; জিষ্ণুঃ অর্জুন্না; উবাচ হ—হায়রম্মী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অদুদগী অকিবগী মশক ওইবা মৈঙাল অমা মায়কৈ মরিমক্তা শন্দোবকয়ি। মথবাইদো খুদোংথিবা তারে হায়বা উরদুনা অর্জুন্না শ্রীকৃষ্ণদা হায়রকয়ি।

শ্লোক ২২

**অর্জুন উবাচ**
**কৃষ্ণ কৃষ্ণ মহাবাহো ভক্তানামভয়ঙ্কর।**
**ত্বমেকো দহ্যমানানামপবর্গোঽসি সংসৃতে॥ ২২॥**

শব্দার্থ

অর্জুনঃ উবাচ—অর্জুন্না হায়রম্মী; কৃষ্ণ—হে প্রভু কৃষ্ণ; কৃষ্ণ—হে প্রভু কৃষ্ণ; মহাবাহো—হে পাম্বোম-লিংবা নত্রগা হে শক্তিপুম্বনা তিনবা; ভক্তানাম্—ভক্তশিংগী; অভয়ঙ্কর—অকিববু

কোকহন্‌বা; ত্বম্—নঙ; একঃ—অমতনা; (ত্বম্-একঃ—নঙ নথন্তনা); দহ্যমানানাম্—মৈনা চাক্কদৌরবা মীশিংগী; অপবর্গঃ—লান্নবা লম্বী; সংসৃতেঃ—সংসান্নগী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অর্জুননা হায়বকয়ি—হে প্রভু কৃষ্ণ, নহাক্তি শক্তি পূম্বগী মপু ওইবা পরমেশ্বর ভগবাননি। নঙগী মথেল মথেল লৈরিবা শক্তিগী ঙমখৈ লৈতে। মরমদুনা নঙগী ভক্তশিংগী থম্মোইদা লৈবা অকিববু তাম্মোক-ঙম্বদি নথন্তনি। সংসারগী অৱা-মৈচাক্না চাক্লবা মী খুদিংগী লান্ন-লম্বী নহাক্তনি।

নৈনরোল

অর্জুননা ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী দিব্য গুণ পুম্নমক খঙলম্মী, মরমদি মখোয় অনীমক্না য়াওরম্বা কুরুক্ষেত্রগী লান্দা অর্জুননা কৃষ্ণনা গুণশিংদো লোইনা ঊখি। মরমদুনা ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী মরমদা হাযবা ৱামখৈদি চৎনবা য়াবা বা ঙাক্তনি। কৃষ্ণদি পূঙঙম্-ঙম্বনি, অদুগা থোইদোক্না ভক্তশিংগী অকিবা কোকহন্-ঙম্বনি। ভগবান্না ঙাকশেন্‌বীবা মরম্না ভগবন্তক্তদি মতম পূম্বদা কিগল্লবা ওইনা লৈ। সংসারদা লৈবগী পুন্সিদি ঊমংদা চাকপা লম্মৈগুম্বনি, অসিগুম্বা মৈদি ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী কৃপাদগী মুত্থৎপা ঙম্মী। দীক্ষাগুরুনা ভগবদ্-কৃপাগী প্রতিনিধিনি। মরমসিনা সংসার-মৈচাক্না চাক্লবা মীনা আত্মা-উপলব্ধি-ফংলবা দীক্ষাগুরু মতেঙদগী ভগবান্‌গী থৌজান্-নোংলীক ফংবা ঙমগনি। দীক্ষাগুরুনা অৱা মৈচাক-চাক্লিবা মীগী থম্মোই ফাওনা দিব্য-জ্ঞান হাপ্পনবা ঙম্মী, অদুগুম্বা জ্ঞানদুতনা সংসান্ন-মৈচাক মুত্থৎপা ঙম্মী।

শ্লোক ২৩

**ত্বমাদ্যঃ পুরুষঃ সাক্ষাদীশ্বরঃ প্রকৃতেঃ পরঃ।**
**মায়াং ব্যুদস্য চিচ্ছক্ত্যা কৈবল্যে স্থিত আত্মনি ॥ ২৩ ॥**

শব্দার্থ

ত্বম্—নঙনা; আদ্যঃ—ইহান্‌হান্‌বা হৌরককম্; পুরুষঃ—পুরুষনী; সাক্ষাৎ—তশেংবা; ঈশ্বরঃ—মপু অচৌবনি; প্রকৃতেঃ—প্রকৃতিগী; পরঃ—ৱাংমদা লৈবা; মায়াম্—প্রকৃতিবু; ব্যুদস্য—লংশেকঙম্বা মীগী, চিৎ-শক্ত্যা—অন্তরঙ্গা শক্তিনা; কৈবল্যে—সৎ-চিৎ-আনন্দস্বরূপ অদুদা; স্থিতঃ—লৈবনি; আত্মনি—আত্মদা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নঙদি ইহান্-হান্‌বা পুম্নমক্কী হৌরকফম্নি, নঙদি সাক্ষাৎ ঈশ্বরনি, নঙদি প্রকৃতিগী ৱাংমদনি, মৱমদুনা হোংবা-নাইদবনি। নঙনা নঙগী স্বরূপশক্তিগী মপান্না বহিরঙ্গা মায়াশক্তিবু লাপ্না তাম্মোক-থগা নশাগী স্বরূপ অদুদদা লৈবনি।

নৈনরোল

ভগবান্‌গী খুয়া থম্বান্দা মশাবু কৎথোক্লবা মীনা মায়ানা খুদুম চন্‌বদগী নাম্মোকপা ঙম্মী (মুক্তি ফংঙি)। কৃষ্ণনা সুমীৎকুম্বনি অদুনা মায়ানা অমম্বগুম্বনি। সুমীৎকী মঙান্না ঙাল্লি ঙাল্লিবা মফমদা অমম্বা নৎত্রগা তমঃ গুণ অদু খুদক্তা মাওঙী। অমম্বগী সংসারদগী নাম্মোরক্লবা উপায় অথোইবদো

মকমসিদা তাক্লি। ভগবান্বু মফমসিদা ইহান্-হান্বা হৌরকফম (আছ্যঃ) হায়না হায়রি। মতোন্দগী ভগবান্গী শক্তম্ পুম্নমক থোরকপনি। পুম্নমকপু কোন্দুনা লৈরিবা বিষ্ণু ভগবান্লো ভগবান্ কৃষ্ণগী অংশ-অবতারনি হায়বদি শকফোঙনি (প্রকাশ-নি)। ভগবান্না শীংলাক-ঙমদবা ঈশ্বর-মূর্ত্তিদা অমসুং জীব-মূর্ত্তিদা মহাক্কী মখলমথাগী শক্তিগা লোয়নবা মশাবু প্রকাশ তৌয়ি। অদুবু শ্রীকৃষ্ণ ভগবান্দি পুম্নমক্কী থোরকফম ওইবা ইহান্-হানবা ভগবান্দুনি। ফোঙলিবা জগৎতা থেংনরিবা পুঙশন্-শন্নিবা ভগবৎ-স্বরূপ অদুসু আদি ভগবান্গী প্রতিনিধি ওইবা অংশনি। মরমদুনা পরমাত্মাসু মাগী মনুঙদা লৈবনি। মহাক্তি অমতা ভায়রবা পরমেশ্বর ভগবান্নি। প্রাকৃত জগৎকী কর্ম্মগা নত্রগা কর্ম্মফলগা মহাক্কা মরী লৈনদে মরমদি মহাক্তি প্রকৃতিগী রাংমদা লৈবনি। অমম্বা হায়বসে মুমিংকী মথক-মখা ওনবা মহূৎনি, মরমদুনা অমম্বা লৈবসে মুমিং লৈবা মরম্নি, অদুবু মুমিং মশামক্তদি অমম্বা মচেৎ অমকাওবা থিবা ফংদে। মুমিংনা মঙাক্তনা থল্লা লৈবগুম প্রকৃতিগী রাংমদা লৈবা পরমেশ্বর ভগবনসু আনন্দনা পুঙথন্ থন্বনি। মহাক আনন্দনা থন্বদা নত্তনা দিব্যভাবকী মখল-মথেল্লা থল্লী। পরতত্ত্বসে কমজন্দুনা লৈতে, মখল-মথেনগী লীলা শান্নে। শুণ অদুম্না য়েংশন্দুনা লৈরবা প্রকৃতিগী রাংমদা মহাক লৈবনি। মহাক পরম (পুকোক) হায়বদুনি। মরমদুনা মাদি মাগুম্বা অনীশুদবা মহাক্লি মহাক্কী শক্তিদি য়ামথ্রে; মাগী শক্তিশিং শীজন্নদুনা মহাক্লা জগৎ শেম্মী, ভাকয়ি অদুগা থুগায়। অদুমকপু মহাক্কী থামদদি পুম্নমক নিত্যনি অদুগা মান্নবা লৈতনা তোপ-তোপ্পনি। সংসারসে ভগবান্গী শক্তিশিংনা নংত্রগা শক্তি-চেন্বা মহূৎশিংতনা ওইহন্বা নত্তে, সর্ব্বশক্তিমান্ ওইবা মহাক্লা মাগী শক্তি ময়াম শীজন্নরগা ওইহন্বনি।

### শ্লোক ২৪

**স এব জীবলোকস্য মায়ামোহিতচেতসঃ।**
**বিধৎসে স্বেন বীর্য্যেণ শ্রেয়ো ধর্ম্মাদিলক্ষণম্ ॥ ২৪ ॥**

### শব্দার্থ

সঃ—পরতত্ত্ব ওইবা মহাক্তো; এব—লেপ্পমক; জীবলোকস্য—মায়া-লাংদা থুরিবা জীবশিংগী; মায়া-মোহিত—মায়ানা শুমহৎলবা; চেতসঃ—পুকচেল-চেল্লিবশিংগী; (মায়ামোহিতচেতসঃ—মায়ানা শুমপ্র-বশিংগী); বিধৎসে—তৌবী; স্বেন—মশাগী; বীর্য্যেণ—প্রভাব-না (মঙম্না); শ্রেয়ঃ—য়াইফবা; ধর্ম্ম-আদি—ধর্ম্মনচিংবা মুক্তিগী চতুর্বগ; লক্ষণম্—খুদম; (ধর্ম্ম-আদি-লক্ষণম্—ধর্ম্মনচিংবা মুক্তি ফংনবা বর্গশিংনা খুদম্নবা)।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মায়াবু লাপ্পা থমদুনা লৈরবসু, অদুগুম্বা নহাক্লা নশাগী শক্তিগী মপাল্লা মায়ানা শুমহৎলবা জীবশিংগী ধর্ম্মার্থ-কাম-মোক্ষ কৌবা চতুর্ব্বগগী মশক ওইবা মঙ্গল পীনবি।

### নৈনরোল

পরমেশ্বর ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনা ওইজ-খিদবা কৃপাদগী প্রাকৃত জগত্তা অবতার তৌবী, অদুবু প্রাকৃত গুণশিংনদি মাবু থুত্তম চন্বা ঙমদে। মহাক মতম পুম্বদা প্রাকৃত মায়াগী রাংমদা লৈ।

মায়ানা শুমহৎলবা পতিত জনশিংবু লান্‌বিগে হায়বগীদমক্তা মশাগী ওইজবা থিদবা থৌজান্দগী মহাক্লা অবতার তৌয়ি। জীবশিংবু মায়া শক্তিনা লাকৃথুবী, অদুগা জীবশিংসু ওইদবা মরম থন্দুনা মায়াবু ভোগ তৌবা পাম্মী, তৌবগীদি জীবনা ভোগ তৌবদি তশেংনা ঙমদে। জীবদি মতম পুম্বদা শ্রীকৃষ্ণগী মনাইনি, মহাক্লা মশাগী নাইওই-ফীভমসিবু কাউবা মতমদা মহাক প্রাকৃত জগৎসিবু ভোগ তৌগে হায়না খল্লী; অদুবু অওইবদি মহাক শেরান্নবা বাখল্দা তাউবনি। জীবগী শেরান্নবা বাখল্সে কোকথোকপিরগা মায়াবদ্ধ জীববু ভগবান্‌গী নাক্তা অমুক হন্না পুখৎপিগে হায়না ভগবান্না অবতার তৌয়ি। মদুনি পতিতজীবগীদমক ভগবান্না চেন্‌বা থৌজান-হৈবগী শাজৎ।

শ্লোক ২৫

**তথায়ং চাবতারস্তে ভুবো ভারজিহীর্ষয়া।**
**স্বানাং চানন্যভাবানামনুধ্যানায় চাসকৃৎ ॥ ২৫ ॥**

শব্দার্থ

তথা—অদুম্না; অয়ম্—মসি; চ—অমসুং; অবতারঃ—নোংগুম্বা; তে—নঙগী; ভুবঃ—মালেমগী; ভার—অরুম্ববু; জিহীর্ষয়া - কোকপীনিঙদুনা; স্বানাম্—মরীমতাশিংগী; চ—অমসুং; অনন্যভাবানাম্—পূকচেল-লোঙদবা ভক্তশিংগী; অনুধ্যানায়—অতৎ-অথম-লৈতনা খল্লনবগীদমক; চ—অমসুং; অসকৃৎ—মতম পুম্বদা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

পৃথিবীগী ভার কোকহন্নবগীদমক, অদুগা নঙগী মরীমতাগী কান্নবগীদমক অমসুং নঙগী পুক্নীং লোঙদবা অমসুং নঙবু মতমপুম্বদা ধ্যান তৌদুনদা লৈরিবা ভক্তশিংবু চানবিবগীদমক্তা নহাক্লা অবতার তৌবনি।

নৈনরোল

ভগবান্না মাগী ভক্তশিংদা মীচঙ চঙবা মান্‌বরোই তৌরি। মীপুম খুদিংমক ভগবান্‌গা মরী লৈনরিবনি; অদুম ওইনমক ভগবান্‌গী পুক্নীংদু মাগী মীদা অমদি ভক্তশিংদা হেন্না চঙঙী। ভগবান্‌দি মী খুদিংবু পোকপনি। কনামতা মহাক্কী মপা ওইবা ঙমদে অদুগা কনামতনসু মাগী মচানু ওইবা ঙমদে। মাগী ভক্তশিংনা মাগী জ্ঞাতি সম্বন্ধনি। মসি মহাক্লা শান্নবা দিব্য লীলানি। মসি মীবয়েনগী ওইবা সম্বন্ধ মতা হায়বদি পা-মা ওইবা মতাদো নত্তে। মথক্তা হায়খিবদুনি, ভগবান্‌দি প্রাকৃত গুণশিংগী মখা পোন্দে, অদুনা মাগী ভক্ত ওইবা জ্ঞাতি-সম্বন্ধশিংগী মরক্তা মীরয়েনগী ভাব চঙদে।

শ্লোক ২৬

**কিমিদংস্বিৎকুতো বেতি দেবদেব ন বেদ্ম্যহম্।**
**সর্বতোমুখমায়াতি তেজঃ পরমদারুণম্ ॥ ২৬ ॥**

শব্দার্থ

কিম্—করিনো; ইদম্—মসি; স্বিৎ—লাক্লিব; কুতঃ—কদায়দগী; বা ইতি—ওইরিগবা; দেবদেব—দেবশিংগী দেব ওইরিবা হে পরমেশ্বর; ন—নত্তে; বেদ্মি—খঙঙী; (ন বেদ্মি—খঙদে); অহম্—ঐহাক;

সর্ব্বতোমুখম্—মায়কৈপুম্বদা মায়ওল্লিবা; আয়াত্তি—লাক্লে; তেজঃ—মৈঙাল, মৈ; পরমদারুণম্—য়োনা কিনঙাই ওইরবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে দেবদেব (লাইশিংগী লাই ওইবা) ভগবান্, মায়কৈ-পুম্বা শল্লিবা নকশিল্লক্লিবা, য়োনা কিনঙাই ওইরবা মৈজাও অমা উরিবসি করিবু ওইরিগবা, কদায়দগীনু লাক্লিবনো হায়বদো ঐহাক করিমতা খঙদরে।

নৈনরোল

ভগবান্গী মফমদা করিগুম্বা হক্তংপা তারবদি য়াম্না নোল্লুক্না প্রার্থনা তৌহনা হক্তংকদবনি। মহুনি চংনবী নিয়মদি। অহুনা শ্রীঅর্জুন্না ভগবান্গী অচানবা মী অমা ওইরবসু ময়াম অতৈনা খঙজশনু হায়হনা নিয়মসি ঙাক্লিবনি।

শ্লোক ২৭

শ্রীভগবানুবাচ

**বেত্থেদং দ্রৌণপুত্রস্য ব্রাহ্মমস্ত্রং প্রদর্শিতম্।**
**নৈবাসৌ বেদ সংহারং প্রাণবাধ উপস্থিতে॥ ২৭॥**

শব্দার্থ

শ্রীভগবান্—পরমেশ্বর ভগবান্ বাসুদেবনা; উবাচ—হায়রম্মী; বেত্থ—খঙঙু; ইদম্—মসি; দ্রোণপুত্রস্য—দ্রোণগী মচানুপাগী; ব্রাহ্মম্-অস্ত্রম—ব্রহ্মাস্ত্র; প্রদর্শিতম্—উৎলিবনি; ন—নত্তে; এব—ফাওবা; অসৌ—মহাক; বেদ—খঙঙী; (ন বেদ—খঙদে); সংহারম্—হনজনবা; প্রাণবাধে—থরাই মাঙবা; উপস্থিতে—থুংলবদা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীভগবান্না হায়রকখি—মসি দ্রোণগী মচানুপা অশ্বত্থামাগী ব্রহ্মাস্ত্র হায়বা থুংলাইনি খঙঙু। মথরাই মাঙবা তারে হায়বহু উরহনা মহাক্না থুংলাইসে লংলক্লিবনি। অহুগা মহাক্তি থুংলাইসি হনজনবা (সংহার) হৈতে। (অহুবু অর্জুন নঙদি খঙঙী)।

নৈনবোল

'ব্রহ্মাস্ত্র' হায়বা থুংলাইসি হৌজিক্কালগী আণবিক শক্তিনা চালাইবা থুংলাইগা মান্নবা জাৎনি। আণবিক শক্তিদি মৈ পুমহৌ হৌহনা চাকই অহুম্না 'ব্রহ্মাস্ত্র'সু তৌই। আণবিক মৈশানা পুমশন শন্দোকপগুম ব্রহ্মাস্ত্রসু খাঙবদা য়াম্ন মৈশা অমা থোকহল্লি। অনীসিগী মরক্তা খেন্নবা হায়ববু আণবিক বোমানা **(Atomic Bomb)** অপোম্বা জাত্তাগী থুংলাইনি অহুগা ব্রহ্মাস্ত্রনা মম্র শোল্লগা থোকহনবনিনা হেন্না কুপ্পা থুংলাইনি। মসি তোঙানবা বিজ্ঞান অমনি, অহুগা থায়না মমাঙডৈদা ভারতবর্ষদা অসিগুম্বা বিজ্ঞানসে নৈনরম্মী। মম্র শোনবগী অকুপ্পা বিজ্ঞানসিসু প্রাকৃত ওইবা পোৎনি, প্রাকৃত ওইরবসু হৌজিককালগী প্রাকৃত বৈজ্ঞানিকশিংনদি খঙলকদবা য়াম্না বাংলী। অকুপ্পা প্রাকৃত বিজ্ঞানদি অপ্রাকৃত নত্তে, অহুমকপু মসি অপ্রাকৃত নিয়মগদি সাক্ষাৎ মরী লৈনৈ। অপ্রাকৃত নিয়মসি

অমুক্তা হেন্না কুপথে। মন্নশোনবা হৈবা মীনা ব্রহ্মাস্ত্রসি করম্না শীজন্নগদগে হায়বস্থ খঙভী অদুগা করম্না হুন্নজনগদগে (সংহার তৌগদগে) হান্নবস্থ খঙভী। মহুনি মপুঙকাবা জ্ঞান হায়বদো। অদুবু অকুপ্পা বিজ্ঞান অসি শীজিন্নরম্বা দ্রোণাচার্য্যগী মচানুপাহুনা করম্না সংহার তৌগদগে হায়বহুদি খঙলমদে। মাগী মৃত্যুনা নকশন্নরুবহুদদি কিমনগ্রহুনা মহাক্লা ব্রহ্মাস্ত্রহু শীজন্নখি, মরমহুনা মহাক্লা শীজন্নরম্বহু তৌহৈদবা ওইবদা নত্তনা ধর্ম্মদস্থ অকায়বা অমা ওইরম্নে। ব্রাহ্মণ অমগী মচানুপা ওইবগা অস্থক য়াম্ব অরানবা তৌবা হৌনরমদে। অমুম্না মথৌবু শাথীনা থৌশামন্দবগীদমক ভগবান্ মশামক্লা অশ্বত্থামাবু দণ্ডি পীবা তারম্বনি।

শ্লোক ২৮

**ন হ্যস্যান্যতমং কিঞ্চিদস্ত্রং প্রত্যবকর্শনম্।**
**জহ্যস্ত্রতেজ উন্নদ্ধমস্ত্রজ্ঞো হ্যস্ত্রতেজসা ॥ ২৮ ॥**

শব্দার্থ

ন—নত্তে; হি—লেপ্পমক; অস্য—মসিগী; অন্যতমম্—অতোপ্পা; কিঞ্চিৎ—কৈনোমা; অস্ত্রম্—খুৎলাই; প্রতি—থেঙ্গায়নবা; অবকর্শনম্—থিংননবা; জহি—হাৎতোকউ; অস্ত্রতেজঃ—খুৎলাইগী মৈঙাল; উন্নদ্ধম্—য়াম্না তৌবা ওম্বা; অস্ত্রজ্ঞঃ—খুৎলাই-হৈবা; হি—তশেংনা; অস্ত্র-তেজসা—নঙগী খুৎলাইগী পাঙ্গল্না।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে অর্জ্জুন, অতোপ্পা ব্রহ্মাস্ত্র অমনা খুৎলাই অসিবু থেঙ্গায়নবা ঙমগনি। নঙদি খুৎলাইদা হৈ শিংবা অমা ওইবনিনা নঙগী খুৎলাইগী মপাঙ্গল্না অশ্বত্থামাগী খুৎলাইগী মৈ অসে নমহুৎলু।

নৈনরোল

আণবিক বোমাগী ময়াই চমহন্নবা খুৎলাই লৈতে। অদুবু অকুপ্পা বিজ্ঞানগী পান্বৈনা ব্রহ্মাস্ত্রবু নমহৎপা য়াই। মতম অদুগী খুৎলাই-হৈবা মীশিংদি ব্রহ্মাস্ত্রবু নমহৎপা ঙম্নমী। দ্রোণাচার্য্যগী মচানুপাহুদি ব্রহ্মাস্ত্রবু নমহৎনবা বিদ্যাহু হৈরমদে, মরমহুনা অর্জ্জুনবু মাগী খুৎলাইগী পাঙ্গল্না অশ্বত্থামাগী ব্রহ্মাস্ত্রহু নমহৎলু হায়না শ্রীকৃষ্ণনা হায়রম্বনি।

শ্লোক ২৯

**সূত উবাচ**
**শ্রুত্বা ভগবতা প্রোক্তং ফাল্গুনঃ পরবীরহা।**
**স্পৃষ্ট্বাপস্তং পরিক্রম্য ব্রাহ্মং ব্রাহ্মায় সন্দধে ॥ ২৯ ॥**

শব্দার্থ

সূতঃ—সূত গোস্বামীনা; উবাচ—হায়রম্মী; শ্রুত্বা—নাকোঙনা তারহুনা; ভগবতা—ভগবান্না; প্রোক্তম্—হায়রম্বহু; ফাল্গুনঃ—অর্জ্জুনা; পরবীরহা—য়েরুববু হাৎপা; স্পৃষ্ট্বা—শোক্তুনা; আপঃ—ঈশীং; তম্—মহাকপু (শ্রীকৃষ্ণবু); পরিক্রম্য—কোয়রগা (পরিক্রমা তৌরগা); ব্রাহ্মম্—ব্রাহ্মাস্ত্রবু; ব্রাহ্মায়—ব্রহ্মাস্ত্র (অতোপ্পবু) নমহৎনবা; সন্দধে—কাপ্পম্মী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীসূত গোস্বামীনা হায়রম্মী—ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী দা তারগা য়েক্লববু নমহৎ-ওস্বা অর্জুন অদুনা ঈশীং শোক্লম্মী অদুগা শ্রীকৃষ্ণবু পরিক্রমা তৌরগা মহাক্কী ব্রহ্মাস্ত্রদু অতোপ্পা অমুবু নমহৎনবা কাপ্পম্মী।

শ্লোক ৩০

**সংহত্যান্যোন্যমুভয়োস্তেজসী শরসংবৃতে।**
**আবৃত্য রোদসী খং চ ববৃধাতেঽর্কবহ্নিবৎ॥ ৩০॥**

শব্দার্থ

সংহত্য—তিন্নখিদুনা, অন্যোন্যম্—অমগা অমগা; উভয়োঃ—অনীমক্কী তেজসী—মৈ; শর—তেৎলৈ; সংবৃতে—কোয়শন্দুনা; আবৃত্য—কূপশন্দুনা; রোদসী—স্বর্গ মর্ত্ত্য; খং চ—অতিয়া অহাঙবসু; ববৃধাতে—হেঙ্গৎলকখি; অর্ক—নুমীৎ (সূর্য্যমণ্ডল); বহ্নিবৎ—মৈগুম্না।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অদুগী মতুঙদা তেৎলৈনা জাল ওইনা কোয়শল্লবা ব্রহ্মাস্ত্র অনীদুগী তেজ মপৈদু প্রলয়গী মতমদা শিবগী চীন্দগী থোরকপা মৈগা মথক্তা লৈবা নুমীৎকী মৈশাগা তিন্নরগা তৌবগুম্না স্বর্গ, মর্ত্ত্য অমদি অন্তরীক্ষ (অতিয়া) মরোল অহুমু কূপশল্লগা শাবা হেঙ্গৎলকখি।

নৈনরোল

ব্রহ্মাস্ত্রগী মৈঙালগী মৈশাদি প্রলয়গী মতমদা নুমীৎতা (সূর্য্যমণ্ডলদা) ওইরকপা মৈগা মান্নে। আণবিক শক্তিনা শন্দোরকপা মৈদি ব্রহ্মাস্ত্রগী মৈশাগা চাংদম্নরবদি করিসু লৈতবা পোৎনি। আণবিক বোমানা পোকখায়রগা য়াম্লবদা পৃথিবীদমক তুমহনবা ঙমগনি, অদুগা ব্রহ্মাস্ত্রগী মৈশানা মাঙ তাকহনবদি বিশ্ব জগৎ পুম্বনি। মরমসিনা ব্রহ্মাস্ত্রগী মৈশাবু প্রলয়গী মৈগা চাংদম্নরিবনি।

শ্লোক ৩১

**দৃষ্ট্বাস্ত্রতেজস্তু তয়োস্ত্রীঁল্লোঁকান্ প্রদহন্মহৎ।**
**দহ্যমানাঃ প্রজাঃ সর্ব্বাঃ সাংবর্ত্তকমমংসত॥ ৩১॥**

শব্দার্থ

দৃষ্ট্বা—উরদুনা; অস্ত্র—খুৎলাই; তেজঃ—মৈশা; (অস্ত্রতেজঃ—খুৎলাইগী মৈশা); তু—অদুবু; তয়োঃ—অনীগী; ত্রি—অহুম; লোকান্—মরোল; (ত্রিলোকান্—মরোল অহুম্মক); প্রদহৎ—চাক্লবা; মহৎ—অকিবগী মশক ওইবা; দহ্যমানাঃ—মৈশানা চাক্লবা; প্রজাঃ—মীশিং; সর্ব্বাঃ—পুম্নমক; সাংবর্ত্তকম্—প্রলয়গী মৈ; অমংসত—ওইরমাল্লে হায়না খল্লখি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অর্জুন অমসুং অশ্বথামাগী য়াম্না কিনঙাই ওইরবা ব্রহ্মাস্ত্র অনীদুগী মৈশা মপৈনা মরোল অহুম চাকদোবা উরবদা জীব পুম্নমক মৈশাদুনা চাক্লবদা শামনখিবনা প্রলয়গী মৈ সাংবর্ত্তক কৌবদু ওইরমাল্লে হায়না খল্লখি।

### নৈনরোল

লোক অহুম হায়বদি বিশ্বজগৎকী মনুঙদা থক-খা অমদি মরক্তা লৈবা গ্রহশিংবু হায়বনি। ব্রহ্মাস্ত্র কাপ্লহু পৃথিবীদা কাপ্লা ওইরম্নবসু খুৎলাই অনীহু তিল্লগা থোরকপা মৈশাহুনা বিশ্ব পুম্ববু কৃপ্লম্মী, অহুগা গ্রহ পুম্নমক্তা লৈরিবা জীব পুম্বনা মৈশাদো য়াম্না শানা কংলম্মী অহুগা প্রলয়গী সাংবর্ত্তক কৌবা মৈহুগা চাংদম্লরম্মী। মরমসিনা বুদ্ধি-বাৎপা সংসারীশিংনা গ্রহশিংদা জীব লৈতে খনবহু লাল্লী, জীব লৈতবা গ্রহ অমতা লৈতে।

### শ্লোক ৩২

**প্রজোপদ্রবমালক্ষ্য লোকব্যতিকরং চ তম্।**
**মতং চ বাসুদেবস্য সংজহারার্জ্জুনো দ্বয়ম্ ॥ ৩২ ॥**

### শব্দার্থ

প্রজা—মীয়াম; উপদ্রবম্—লাংতক্নবা; আলক্ষ্য—উরহুনা; লোক—গ্রহশিং; ব্যতিকরম্—মাঙ-তাকপা; চ—সু; তম্—মহু; মতম্ চ—অমসুং খনবা (মত); বাসুদেবস্য—বাসুদেবগী (শ্রীকৃষ্ণগী); সংজহার—হনজল্লম্মী (সংহার তৌরম্মী); অর্জ্জুনঃ—অর্জ্জুনা; দ্বয়ম্—(খুৎলাই) অনীমক।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মী ময়ামগী খুদোংথীবা, লোক পুম্নমক্কী মাঙ-তাক্কদবা অহুগা বাসুদেব শ্রীকৃষ্ণগী মত উরহুনা অর্জ্জুনা ব্রহ্মাস্ত্র অনীমক হনজল্লম্মী (সংহার তৌরম্মী)।

### নৈনরোল

হৌজিক্কালগী আণবিক বোমা পোকখায়হল্লগা পৃথিবীবু তুমহনগনি হায়বা মত অহু অঙাঙগী রাখলনি। অহানবদা হায়গদবদি, আণবিক শক্তিদি পৃথিবীবু তুমহন্নবগী পাঙ্গল চেন্দে। অনীশুবদা হায়বা তারগনা, মমৈদদি পুম্নমক পরমেশ্বর ভগবান্‌গী ইচ্ছাতনা ওইগদবনি মরমদি মানা নীঙত্রবদি অহুগা ময়াথং নৎত্রবদি করিগুম্বা অমতা শাগৎপা নৎত্রগা থুগায়বা য়াদে। প্রাকৃতিক নিয়মশিংদি মপাঙ্গল য়াম্না চেনবনি হায়বসু অপঙবগী রানি। প্রকৃতিগী নিয়মদি ভগবান্‌গী য়াথংতনা থবক তৌহনবনি, রাকমসি ভগবদ্গীতানা হায়রিবনি। প্রকৃতিগী নিয়মশিংদি মহাক্কী মীৎয়েং মখাদা থবক তৌই হায়না ভগবান্না গীতাদুদা হায়রি। পৃথিবীবু মাঙ তাকহনবদি ভগবান্‌গী ইচ্ছাতনা ওইগদবনি, রাজনীতিবালা পিকক্রশিংগী মচিং মশোল্লা ওইহনবা ঙম্বা পোৎ নত্তে। দৌণি অমসুং অর্জ্জুন অনীনা কাপ্লম্বা ব্রহ্মাস্ত্রদুবু সংহার তৌবদো শ্রীকৃষ্ণ ভগবান্‌না পাম্লম্মী অহুনা অর্জ্জুনা খুদক্তা সংহার তৌখিবনি। মতৌ অসুম্না সর্ব্বশক্তিমান্ ভগবান্‌গী প্রতিনিধি (থৌদারোয়) য়াম্না লৈ; অহুগা মহাক্না নীঙলগদা থৌদারোয় অমনা মাগী অনীঙবহু পাঙথোকই।

### শ্লোক ৩৩

**তত আসাদ্য তরসা দারুণং গৌতমীসুতম্।**
**ববন্ধামর্ষতাম্রাক্ষঃ পশুং রশনয়া যথা ॥ ৩৩ ॥**

### শব্দার্থ

ততঃ—অদুগী তুংদা; আসাদ্য—ফাহনা; তরসা—খুনমক; দারুণম্—তমথীরবা; গৌতমীসুতম্—গৌতমীগী মচানুপাবু; ববন্ধ—পুল্লম্মী; অমর্ষ—শাউবা; তাম্র-অক্ষঃ—কোরীচেন্দুনা ঙাঙলবা মীৎ পাল্লবা (অর্জ্জুন); (অমর্ষ-তাম্র-অক্ষঃ—শাউবনা মমীৎতাকোরী মচু কারবা মী); পশুম্—শাবু; রশনয়া—থৌরীনা; যথা—অদুগুম্না।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শাউবদগী মীত্তা কোবী মচু কারবা অর্জ্জুন্না গৌতমীগী মচানুপাদুবু খুনমক ফারগা থৌরীনা শা পুন্‌বগুম পুল্লম্মী।

### নৈনরোল

অশ্বত্থামাগী মমা কৃপীদু গৌতম শাগৈদা পোকপনি। নৈনরিবা শ্লোকসিগী মরুওইবা বাদি অশ্বত্থামাবু ফারগা থৌরিনা শা পুন্‌বগুম্ পুল্লম্মী হায়বসিনি। শ্রীধর স্বামীগী মতুঙ ইন্না, ব্রাহ্মণ মচাসিবু শা পুন্‌বগুম পুন্‌বদি অর্জ্জুন্না মাগী ধর্ম্ম (মথৌ) ওইনা তৌদবা য়াদদুনা তৌরম্বনি। শ্রীধর স্বামীনা হায়রিবসিসু মতুংদা শ্রীকৃষ্ণনা ঙাঙলকপা বানা প্রমাণ তৌরি। অশ্বত্থামাদো দ্রোণাচার্য্য অমসুং কৃপীগী মচা অশেঙবনি, অদুবু মহাক্না তোম্ববা পুন্সি মরেল লেল্লুবা মরম্না মহাকপু শা অমদা তৌবগুম তৌবা অদুগা ব্রাহ্মণ অমদা তৌবগুম তৌদবদু মতীক চহক চাবনি।

### শ্লোক ৩৪

**শিবিরায় নিনীষন্তং রজ্জ্বা বদ্ধা রিপুং বলাৎ।**
**প্রাহার্জ্জুন প্রকুপিতো ভগবানম্বুজেক্ষণঃ॥ ৩৪॥**

### শব্দার্থ

শিবিরায়—লান্‌শং তম্না; নিনীষন্তম্—পুনিঙলম্বা; রজ্জ্বা—থৌরীনা; বদ্ধা—পুন্দুনা; রিপুম্—য়েক্লববু; বলাৎ—মপাঙ্গল্না, নমদুনা; প্রাহ—হায়খি; অর্জ্জুনম্—অর্জ্জুন্দা; প্রকুপিতঃ—শাউরবা; ভগবান্—শ্রীকৃষ্ণনা; অম্বুজ-ঈক্ষণঃ—থম্বাল-মীত্তা-পান্‌বা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অশ্বত্থামাবু থৌরীনা পুল্লগা অর্জ্জুন্না লান্‌শং তম্না পুনীংলম্মী। মদু উবদা শাউবা মতাগুম্না থম্বাল-মীত্তা-পান্‌বা শ্রীকৃষ্ণনা হায়রকয়ি।

### নৈনরোল

অর্জ্জুনবুসু শ্রীকৃষ্ণবুসু অনীমক অশাউবা ওইনা উৎলী। অদুবু অর্জ্জুনগী মীত্তি কোরী চেনবা মীৎনি হায়রি অদুগা শ্রীকৃষ্ণগী মীৎতি থম্বাল মাল্লী হায়রি। মসিনা তাকপদি অর্জ্জুন্না শাউবগা কৃষ্ণনা শাউবগা অনীদু মান্নদে। ভগবান্‌দি পরতন্ত্বনি অদুনা কীভম খুদিংদা তোপতোপ্না ওইদুনা লৈ। মহাক্না অশাউবদি মায়া-লাংদা থুরিবা প্রাকৃতগুণগী মথা পোন্‌বা জীবগী অশাউবগা মান্নদে।

মহাক্তি অদ্বয়তত্ত্বনিনা মাগী অশাউবা অপেনবস্থ অনীশুদবা মতৌনি। মহাক্কী অশাউবদি প্রাকৃত গুণ অহুমগী মওংদা ফোঙদোক্তে। মহাক্কী ভক্তগী মরমগীদমক চেল্লম্বা পুকচেল মতাংগী খুদম অমা ওইবতনি, মরমদি মহুনা মাগী দিব্য স্বভাবনি। মরমহুনা মহাক্না শাউরবা কাওব্দা মাগী অশাউবদো শাউফম ওইরিবা মীহুগী মঙ্গলগীদমক্নি। মহাক্তি অবস্থা পুম্নমক্তা লেঙদবা (অচ্যুত অব্যয়) ওইহুনা লৈ।

## শ্লোক ৩৫

**মৈনং পার্থার্হসি ত্রাতুং ব্রহ্মবন্ধুমিমং জহি।**
**যোঽসাবনাগসঃ সুপ্তানবধীন্নিশি বালকান্॥ ৩৫॥**

### শব্দার্থ

মা—নত্তে; এনম্—মসিবু; পার্থ—হে অর্জুন; অর্হসি—তৌহে; (মা অর্হসি—হৌনদে); ত্রাতুম্—থাদোকপা; ব্রহ্মবন্ধুম্—ব্রাহ্মণগী শাগৈ; ইমম্—মহাকপু; জহি—হাৎলু; যঃ—মহাক; অসৌ—মখোয়বু; অনাগসঃ—লাগ্নদবা; সুপ্তান্—তুম্নবা; অবধীন্—হাত্তোকপিখি; নিশি—অহিংদা; বালকান্—নুপামচাশিংবু।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনা হায়রম্মী—হে অর্জুন, লাগ্নদবা নুপামচাশিংবু অহিংদা তুম্লিঙৈদা হাত্তোকখিবা ব্রাহ্মণ-শাগৈসিবু (ব্রহ্মবন্ধুবু) কন্‌বিফম থোক্তে, মহাকপু হাত্তোক্উ।

### নৈনরোল

'ব্রহ্মবন্ধু' হায়বা শব্দসিগী মনুঙগী অর্থ অমা তাল্লী। ব্রাহ্মণ অমগী ইমুংদা পোক্লবা অহুগা ব্রাহ্মণ কৌবা য়ানবা গুণ-দি চেন্দবা অহুবু ব্রাহ্মণগী শাগৈ (মরীমতা) হায়না কৌনৈ ব্রাহ্মণ হায়না কৌনদে। হায় কোর্ট অমগী জজগী মচানুপাদি হায়কোর্টকী জজ নত্তে, অহুগা হায় কোর্ট জজ অমগী মচানুপা জজগী মরীমতানি হায়বদা করিস্থ কায়দে। মরমসিনা, মপোক্কী মতুঙ ইন্না কনাগুম্বা অমতনা হায় কোর্টকী জজ ওইবা য়াদবগুম কনামতনা ব্রাহ্মণ ইমুঙদা পোক্লরে হায়বগী অধিকার মতুং ইন্না ব্রাহ্মণ ওইবা য়াদে, ব্রাহ্মণ ওইবা য়াবগী গুণশিংহু চেল্লগদা মহাক ব্রাহ্মণ ওইবা য়াগনি। হায় কোর্টকী জজগী ফমদি মতীক মগুণ লৈবা মীগী ফম্নি, মতৌ অহুগুম্না ব্রাহ্মণগী ফমস্থ গুণ চেল্লবদদা ওইগদবা ফম্নি। ব্রাহ্মণ-নত্তবা ইমুংদা পোকপা মী অমদা অফবা গুণ খিবিক্ত লৈবা উববদি, অহুগুম্বা গুণচেনবা মীবু ব্রাহ্মণ অমা ওইনা লৌগদবনি; মতৌ অহুগুম্না ব্রাহ্মণগী ইমুঙদা পোকপা মী অমনা ব্রহ্মণ্য গুণ চেল্লবদি মহাকপু ব্রাহ্মণ-নত্তবা অমা হায়না নত্রগা খরা হেল্লা ফজবা বাহৈদা হায়বা তারগা ব্রহ্মবন্ধু হায়বদি ব্রাহ্মণগী শাগৈ হায়না লৌবা তারে। বেদশিংগী ধর্ম-নীতি পুম্বগী থোরকফম ওইরিবা শ্রীকৃষ্ণ ভগবান্না মথক্তা হায়রিবা খেল্লবশিংসে খুদোন্‌বীনা থিন্দুনা মশামক্না তাক্লম্বনি; মহুগী মরম মহাক্না মখাদা লাক্লিবা শ্লোকশিংদা ব্যাখ্যা তৌদৌরি।

## শ্লোক ৩৬

**মত্তং প্রমত্তমুন্মত্তং সুপ্তং বালং স্ত্রিয়ং জড়ম্।**
**প্রপন্নং বিরথং ভীতং ন রিপুং হন্তি ধর্মবিৎ॥ ৩৬॥**

### শব্দার্থ

মত্তম্—য়ুনচিংবা থকপনা ঙাওরববু; প্রমত্তম্—থৌশাগন্দববু; উন্মত্তম্—বুদ্ধি-চোইহ্নুনা ঙাওববু; সুপ্তম্—অতুম্ববু; বালম্—অঙাংবু; স্ত্রিয়ম্—মুপীবু; জড়ম্—অপঙববু; প্রপন্নম্—চঙজরক্লবা মীবু; বিরথম্—রথ তেক্কাইরবা মীবু; ভীতম্—অকিবা মীবু; স্ত্রিয়ম্—মুপীবু; ন—নত্তে; রিপুম্—য়েক্লববু; হন্তি—হাৎলি; (ন হন্তি-হাত্তে); ধর্ম্মবিৎ—ধর্ম্মনীতি খঙবা মীনা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

য়ুনা ঙাওবা, পুক্লীং চঙদবদগী থৌশা রাশাদবা, বুদ্ধি চোইহ্নুনা ঙাওবা, অতুম্বা, অপঙবা, (করিস্নু তৌজদবা), চঙজবক্লবা, রথ-তেক-কায়গ্রবা, কিজরবা অঙাং নত্রগা মুপীবু য়েক্লবা ওইরবসু মহুগুম্বা মীশাবু ধর্ম্ম-লৈবা মীনা থক হাত্তে।

### নৈনরোল

ধর্ম্ম লৈবা লাম্মী অমনা য়েংচরদ্রবা য়েক্লববু কদৌঙৈদসু হাত্তে। মমাঙৈদদি ধর্ম্মী নীতি চৎনহ্নুনা লাল তৌনৈ, লম্নাই ইন্দ্রিয় পেন্নবগীদমক্তা তৌনদে। মথক্তা হায়রিবা অসুম্না অঙাওবা, অতুম্বা, অসিনচিংবা য়েক্লবা অমনা ওইরম্বা থোক্লবদি মহাকপু থক হাৎনরমদে। ধর্ম্ম-লৈবা মীশিংনা শোক্লবা লালগী চৎনবী নিয়ম্নি হায়রিবশিংসে। মমাঙৈদদি মচীঙ-মশোন্নাইবা মশাগী ওইজ-থিবা রাজনীতিগী লুচিংবশিংনা লাল হৌরে হায়না লাউথোক্কে। মতমহুদদি পাপকী রাখল চঙদবা ধর্ম্ম-নীতি ইন্নহ্নুনা লাল তৌনরম্মী। ধর্ম্ম-নীতিদা য়ুক্ফম ওইরগা হিংসানা থ্বাইনা হায়নরিবা অহিংসাদগী হেন্না ফৈ।

শ্লোক ৩৭

**স্বপ্রাণান্ যঃ পরপ্রাণৈঃ প্রপুষ্ণাত্যঘৃণঃ খলঃ।**
**তদ্বধস্তস্য হি শ্রেয়ো যদ্দোষাদ্যাত্যধঃ পুমান্ ॥ ৩৭॥**

### শব্দার্থ

স্বপ্রণান্—লন্নাই থরাইবু; যঃ—কনাগুম্বনা; পরপ্রাণৈঃ—অতোপ্পগী থরাইনা; প্রপুষ্ণাতি—য়োকই; অঘৃণঃ—হক্লোইবা লৈতবা, ইকাই নায়দবা; খলঃ—মুংশি খঙদবা মী; তৎ-বধঃ—মহাকপু হাৎপা, তস্য—মহাক্কী; হি—লেপ্পমক; শ্রেয়ঃ—য়াইফবা, যৎ—মহুনা; দোষাৎ—মরান্না; যাতি—চৎলী, অধঃ—লৈথাদা; পুমান্—মী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অতোপ্পগী থরাই লৌরগা মাগী থরাই য়োকপা অহুগুম্বা ইকাই-নাইদবা মীকত্তগীদি শিবগী দণ্ড ফংবনা মাগী য়াইফগনি, মরমদি দণ্ডহু ফংদ্রবদি মহাক্না তৌরুবা থবক্তীমক মহাক লৈথা তারগদৌরিবনি।

### নৈনরোল

অতোপ্পগী থরাই হাৎতুনা মুংশি-হৈতনা অহুগা ইকাই নাইদনা হিংবা মীতাগীদি থরাই লৌরুবদি থরাই পীবা দণ্ডসিনা চপ চাবমি। রাজনীতিগী হৌনবীদি মুংশি-হৈত্রবা মী অমবু নরক-তা তাগদবদগী কনবিনবা শিবগী দণ্ড ফংহনগদবনি মহাকপু। মীহাৎপা অমম্বু রাষ্ট্রনরক্কারনা শিবগী দণ্ড পীবদি

মরাল-লৈবা মহাক্কী অফবনি, মরমদি মথঙগী পুন্সিদা মহাক্কা মী হাৎলুরিবতুগীদমক অৱাফম অমুক তাররোই। মীহাৎপা অমগীদমক্তি অসিগুম্বা শিবগী দণ্ডিসে খুইদগী য়াংবা দণ্ডিনি। স্মৃতিশাস্ত্রদা হায়রি—থৱাইগী থৱাই লৌবা নীতিসিদা নিংথৌনা শাস্তি পীরিবা মীশিংদো মপাপ পূম্নমক কোক্লবনি, কয়ামুক য়াম্না কোকপগে হায়ববু মখোয়বু স্বর্গলোক মনুঙগী গ্রহশিংদা লৈহনবদা মতীক চারবনি। 'মানবধর্ম্মসংহিতা' লেংবা মনুগী মতুঙ ইন্না শা অমা হাৎলুবা মীবু ফাওবা মীহাৎপা অমনি হায়না লৌগদবনি, মরমদি শা-ভাগী চীঞ্জাক্তি পরমেশ্বর ভগৱানদগী নাক্কা হনবনা মখোই অথোইবা ওইরিবা হৌনখঙবা মীগীদমক নত্তে। মনু মুনিনা হায়—শা অমা হাৎপদা পাপীদল অমনা চপ-চানা লৌতুনবা য়াওরিবনি, অতুনা মখোয় লোয়নমকপু মী অমা হাৎপা মতমদা লৌতুনরিবা মীয়াম্বু মীহাৎপনি হায়না শাস্তি পীবগুম পীগদবনি। হাৎপগী য়াথং পীবা মী, শাতুবু হাৎলিবা মী, অহাৎপা শাতুবু য়োল্লিবা মী, শাতু থোংবা মী, অথোঙবা শাগী চীঞ্জাক অচাবা মীশিংদা য়েল্লিবা মী, অতুগা ইবোই লোইবদা থোংলগা শাতু চারিবা মী— মখোয় লোইনমক জীব হাৎপা ভাক্তনি অতুনা মখোয় পূম্নমকপু প্রকৃতিগী আইন মতুং ইন্না দণ্ডি তৌফম থোকই। প্রাকৃত বিজ্ঞান্না থমথেংনা চাওথৎলবসু জীববু শাবা (সৃষ্টি) তৌবদি কনামতনা ভমদে। মরমতুনা কনামতগী লন্নাই মচিং মশোন্না জীববু হাৎপগী হক্তি কনামতগী লৈত্তে। শাক্তাবশিংগীদমক শাস্ত্রনা নিয়ম কক্লা শাগী যজ্ঞ তৌ হায়রি। শাস্ত্রগী বিধিশিংসে শাহাৎশঙ মশীঙ হন্থনবগীদমক্নি, শা হাৎপবু থৌগৎপা বিধি নত্তে। শাহাৎ যজ্ঞগীদমক শাস্ত্রনা য়াবা বিধিতুদি যজ্ঞদা কৎলিবা শাতুগীনে অতুগা শাক্তাবশিংগীনে অনীমক্কী কননবনি। যজ্ঞদা কৎতুনা হাৎলিবা শাতু যজ্ঞগী বেদীদা বলি তৌরবা মতুঙদা খুদক্কা মীওইবগী পুন্সি ফংগনি হায়বসিনা শাতুগী অফবনি, অতুগা যজ্ঞগী শা চাবা মীগী ফরিবনা পাপ অচৌবা জাত্তাগী মশাবু কনজবা ভমগনি। (পাপ অচৌবা হায়বদি সমাজগী দেশগী অমদি মী ময়ামগী প্রাকৃত ওইবা অৱাবা মথল পুন্সগী পোক্লফম ওইবা, লিংখৎতুনা থম্লিবা শারেনশঙ পূম্নমক্কা হুল্লিবা শা অতু চাবনি)। প্রাকৃত জগৎসিমক মতম পুন্সদা অৱাবগী মহুম অমা ওইতুনা লৈরিবনি, অতুগা শা-হাৎপবু থৌগৎতুনা তৌবগী ফলদি লাল, অনা-অয়েক, চাক-ভা ভাঙবনচিংবা পান্নদবা অৱাবা খুদোংথীবা ময়াম্না জগৎসি অমুক হেন্না মোৎশল্লকই।

শ্লোক ৩৮

**প্রতিশ্রুতং চ ভবতা পাঞ্চাল্যৈ শৃণ্বতো মম।**
**আহরিষ্যে শিরস্তস্য যস্তে মানিনি পুত্রহা॥ ৩৮ ॥**

**শব্দার্থ**

প্রতিশ্রুতম্—ৱাশকখি; চ—অমসুং; ভবতা—নহাক্না; পাঞ্চাল্যৈ—পাঞ্চাল নিংথৌগী মচানুপীদা (দ্রোপদীদা); শৃণ্বতঃ—ইনানা তাগ্রবা; মম—ঐহাক ইশামক্না; আহরিষ্য—ঐনা পুরক্কনি; শিরঃ—কোক; তস্য—মহাক্কী; যঃ—মহাক; তে—নঙগী; মানিনি—ওইনচাউবী; পুত্রহা—মচা হাৎপা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মচাশিংবু হাৎখিবা মহাক্কী মকোক্তু শোয়দনা পুরক্কনি হায়না নঙনা দ্রোপদীদা ৱাশকখিবতু ঐ ইশামক্কী ইনাকোঙসিনা তাহৌরিবনি।

শ্লোক ৩৯

**তদসৌ বধ্যতাং পাপ আততায্যাত্মবন্ধু হা।**
**ভর্তুশ্চ বিপ্রিয়ং বীর কৃতবান্ কুলপাংসনঃ ॥ ৩৯ ॥**

শব্দার্থ

তৎ—মরমতুনা; অসৌ—মহাকসে: বধ্যতাম্—হাৎত্তোক্কদবনি; পাপঃ—পাপীসে; আততায়ী—খূৎলাই-পায়বা; আত্মবন্ধুহা—নচাশিংবু হাৎলিবা মী; ভর্তুঃ—মবুংঙো ( দুর্যোধনগী ); চ—সু; বিপ্রিয়ম্—য়ানিঙদবা; বীর—হে অথোবা; কৃতবান্—তৌরবা; কুলপাংসনঃ—শাগৈগী মৈতাল অশিবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মুপাসি নঙগী মীবু হাৎপনি, পাপীনি অদুগা শগৈগী মৈতাল অশিবনি। অদুদা নত্তনা, মহাক মবুংঙো দুর্যোধন অদুনা য়ানিঙদবা থবক তৌরবনি। মরমসিনা থুনমক মহাকপু হাত্তোক্লো।

নৈনরোল

দ্রোণাচার্য্যগী মচাবু মকমসিদা শাগৈগী মৈতাল অশিবনি হায়না থীনা চৈবীরি। দ্রোণাচার্য্যগী মিংচৎফববুদি সম্মান য়াম্না তৌরিবনি। মহাক্না য়েক্কবগী মীচঙ ওইথবফাওবদা পাণ্ডবশিংনা মাবু মতম পুম্বদা সম্মান তৌরম্মী। অদুগা অর্জুন্না লাল হৌগদবগী মমাঙদা মঙোন্দা খুরুম্লম্মী। মতুদা কবিমতা অকায়বা লৈরমদে। অদুবু দ্রোণাচার্য্যগী মচানুপাদি দ্বিজ হায়বদি অনীরক হুম্না পোকপা অরাঙবা বর্ণগী মীনা কদৌঙৈদসু তৌনদবা থবক তৌদুনা মশাবু লৈখা তাহন্নরম্মী। দ্রোণাচার্য্যগী মচানুপা অশ্বত্থামানা দ্রৌপদীগী তুমজবিবা মচানুপা মঙাবু হাৎতুনা অদুগা অদুগুম্বা থবক্তুনা মাগী মপু দুর্যোধনবু পেনহন্দদুনা মরাল লৈবা মীহাৎ হায়বদু তৌরম্মী। দুর্যোধন্না কদৌঙৈদসু পাণ্ডবশিংগী তুমজরিবা মচানুপা মঙাবু হাৎলম্বদো অফবনি হায়রমদে। মসিগী অর্থদি অশ্বত্থামাদো অর্জুনগী ইমুঙগী মীবু হাৎপা আততায়ী ওইরে হায়বনি। মরমসিনা মহাক অর্জুন্না শাস্তি পীবা তাবনি। শাস্ত্রগী মতুঙ ইন্না, লোন্না খুথারবপা নৎত্রগা তুংলোমদগী চঙঙক্লুনা হাৎপা নৎত্রগা অতোপ্পগী মযুম মৈ থাবা নৎত্রগা অতোপ্পগী মুপী হুরানবা মীবু হাৎকদবনি হায়রি। অর্জুন্না বাকমশিংসি খঙননবা হায়দুনা অদুগা তৌফম থোকপদু তৌননবা হায়দুনা শ্রীকৃষ্ণনা নীঙশীংলম্মী।

শ্লোক ৪০

**সূত উবাচ**
**এবং পরীক্ষতা ধর্ম্মং পার্থঃ কৃষ্ণেন চোদিতঃ।**
**নৈচ্ছদ্ধন্তুং গুরুসুতং যদ্যপ্যাত্মহনং মহান্ ॥ ৪০ ॥**

শব্দার্থ

সূতঃ—সূত গোস্বামীনা; উবাচ—হায়রম্মী; এবম্—মতৌ অসুম্না; পরীক্ষতা—চাংয়েংলবদা; ধর্ম্মম্—মথৌগী মরমদা; পার্থঃ—অর্জুন; কৃষ্ণেন—শ্রীকৃষ্ণনা; চোদিতঃ—থৌত্তলম্বা; ন ঐচ্ছৎ—পাম্নমদে; হন্তুম্—হাৎপা; গুরুসুতম্—ওজাগী মচানুপাবু; যদ্যপি—(ওইরু) বসু; আত্মহনম্—মচা-হাৎপা; মহান—পুকচেল-চাউবা।

## মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সুত গোস্বামীনা হায়রম্মী—অর্জুনবু মথৌগী মরমদা চাং-য়েংলম্বা শ্রীকৃষ্ণনা দ্রোণাচার্য্যগী মচানুপাবু হাৎননবা অর্জুনদা থৌজল্লম্লবসু পূকচেন-চাউবা অর্জুনা অশ্বত্থামাবু মচা-হাৎপনি হায়না হায়নমক হাৎনিংলমদে।

## নৈনরোল

অর্জুনদি চিংনবা লৈতনা মহাত্মানি, বাকমসে শ্লোকসিনসু প্রমাণ তৌরি। ভগবান্ মশামক্না মঙোন্দা দ্রোণগী মচাবু হাৎননবা থৌজল্লি, অদুবু অর্জুনা মাগী পূকচেন-চাউবা ওজাগী মচাবু ঙাকথম থোকয়ি হায়না খল্লী; মরমদি কনামতগী কান্নবসু নত্তনা মাগী মচিং-মশোন্না তুকচনঙাই ওইবা থবক তৌদুনা দ্রোণাচার্য্যগী মতীক-চাদবা মচা ওইদুনসু ওজা দ্রোণাচার্য্যগী মচা ওইরম্মে।

অর্জুনদো মথৌ মশক খঙবরা হায়না চাংয়েংবগীদমক শ্রীকৃষ্ণনা মপাম্বোংদা অর্জুনবু থৌজল্লম্বনি। অর্জুন-দো মথৌ খঙবদা মপুঙ ফারমদবা নৎলমদে অদুগা মানা মথৌ মশক খঙবদুসু শ্রীকৃষ্ণনা খঙলমদবা নত্তে। তৌইগুম্বসুং ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণদি মহাক্কী শুদ্ধ ভক্তশিংনা মথৌ মশক খঙবদু হেন্না মযেক লানা উৎহন্নবা হায়দুনা ভক্তশিংবু চাং হেক হেক য়েংঙী। গোপীশিংবু অসিগুম্বা চাংয়েং কয়া য়েংখি। প্রহ্লাদ মহারাজবুসু অমুম্না চাংয়েংখি। শুদ্ধ ভক্ত পুম্নমক ভগবান্গী চাংয়েং পূম্বা লাম্বোক্তুনা মহৈ য়াল্লী।

## শ্লোক ৪১

**অথোপেত্য স্বশিবিরং গোবিন্দপ্রিয়সারথিঃ।**
**ন্যবেদয়ত্তং প্রিয়ায়ৈ শোচন্ত্যা আত্মজান্ হতান্॥ ৪১॥**

## শব্দার্থ

অথ—অদুগী মতুঙদা; উপেত্য—য়ৌরগা; স্বশিবিরং—মশাগী লান্শঙদা; গোবিন্দ—শ্রীকৃষ্ণ; প্রিয়—নুংশিবা; সারথিঃ—দোলাই-থৌবা; [গোবিন্দপ্রিয় সারথিঃ—গোবিন্দনা মাগী অচানবা সখা অমসুং সারথি ওইরিবা মহাক (অর্জুন)]; ন্যবেদয়ৎ—শিন্নখি; তম্—মহাকপু; প্রিয়ায়ৈ—নুংশিরবীদা; শোচন্ত্যৈ—থরাই-বারিবী; আত্মজান্—মচানুপাশিং; হতান্—হাৎপ্রবা।

## মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অদুগী তুংদা অর্জুন্না মাগী নুংশিবা সখা অমসুং সারথি শ্রীকৃষ্ণগা লোয়ননা লান্শঙদা থুংলগা হাৎপিপ্রবা মচাশিংগীদমক বাজরম্লিবী নুংশিবী দ্রৌপদীদা অশ্বত্থামাবু শিন্নখি।

## নৈনরোল

অর্জুনগা কৃষ্ণগা অনীগী দিব্য সম্বন্ধদি চান্নথোইবা মরূপকী সম্বন্ধনি। ভগবদ্গীতাদা ভগবান্ মশামক্না অর্জুনবু মাগী চান্নথোইবা মরূপনি হায়। জীব খুদিংমক মতৌ অমুম্না পরমেশ্বর ভগবানগা নুংশিবগী সম্বন্ধদা লৈ, কনামনা মনাই ওইনা, কনামনা মরূপ ওইনা, কনামনা মমা নত্রগা মপা ওইনা, কনামনা তালোই ওইনা। মীপুম খুদিংমক মহাক্কবু পামজদুনা থরাই য়াওনা ভক্তিযোগগী লম্বীদা চৎলগা হোৎনরবদি ভগবান্গী দিব্যধামদা ভগবান্গী সঙ্গ তৌবা ফংগনি।

শ্লোক ৪২

**তথাহৃতং পশুবৎ পাশবদ্ধমবাঙ্মুখং কর্ম্মজুগুপ্সিতেন।**
**নিরীক্ষ্য কৃষ্ণাপকৃতং গুরোঃ সুতং বামস্বভাবা কৃপয়া ননাম চ ॥ ৪২ ॥**

শব্দার্থ

তথা—অদুম্না; অহৃতম্—পুরক্লস্বা; পশুবৎ—শা অমগুম্না; পাশবদ্ধম্—থৌরীনা পুল্লবা; অবাক্-মুখম্—বাগী মচেৎ অমকাওবা চান্দগী থোক্লমদবা; কর্ম—থবক; জুগুপ্সিতেন্—তুকচবা; নিরীক্ষ্য—উরদুনা; কৃষ্ণা—দ্রৌপদীনা; অপকৃতম্—ফত্তবা তৌবা; গুরোঃ—ওজাগী; সুতম্—মচানুপাবু; বাম—ফজবা; স্বভাবা—লমচৎ (বামস্বভাবা—ফজবা-লমচৎনা মাগী ওইবী); কৃপয়া—নুংশিবিরদুনা; ননাম—খুরুম্লম্মী; চ—অমসুং।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীসূত গোস্বামীনা হায়রম্মী—অদুদনী দ্রৌপদীনা শা পুনবগুম থৌরীনা পুল্লবা অদুগা ফত্তবা থবক তৌবদগী রা ভাওবা থোক্লবা অশ্বত্থামাবু উথি। মুপী ওইবীগী হৌনশানে, অদুগা মহৌশানা মবুকচেন ফজবনে অদুগা ব্যবহার ফজবী ওইবনে দ্রৌপদীনা ব্রাহ্মণ অমদা তৌবগুম্না অশ্বত্থামাবু খুরুম্লম্মী।

নৈনরোল

অশ্বত্থামাদো ভগবান্মক্লা থীনা ভাওখিরবনি অদুগা অর্জুননদু মাবু মীফত্ত অমা ওইনা থীনা তৌবিরবনি, ব্রাহ্মণ অমগী নত্রগা ওজাগী মচা অমদা তৌবদৌনা তৌবিরমদ্রে। অদুবু দ্রৌপদীগী মাওদা মাবু পুশল্লক্লগা মতমদা, মচা হাংখিবগী ৱারয়বসু অদুগা মচা হাংপা অদু মমাওদা লৈরবা কাওবদা ব্রাহ্মণ অমদা নত্রগা ব্রাহ্মণনা পোকপা মচানুপা অমদা মহৌশানা তৌফম থোকপা সম্মান ব্যবহারদু দ্রৌপদীনা তোকথোকপা ঙম্মদে। মসিগী মরমদি মুপী ওইবনী অমেণ্ডবা স্বভাবননি। মুপী হায়বা জাৎসি মুপামচাশিংদগী হেন্না শক্তি লৈবা নত্তে, মুপা অহলশিংগুম্না অক-কত্ত অচুম-অরান থায়বগী শক্তি লৈজদে। অশ্বত্থামাদো দ্রোণাচার্য্যগী হায়বদি ব্রাহ্মণ অমগী মতীক চাবা মচা নত্তে হায়বসে মশানা অদুম প্রমাণ তৌরবনি, মরমসিগীদমক অশূপ-পূরেন শ্রীকৃষ্ণমক্লা মাবু য়ারমত্রবনি; অদুম ওইনমক অমেণ্ডবী মুপী অমনদি ব্রাহ্মণ অমদা উৎকম থোকপা সম্মান অদু তৌদবা ঙম্মদে।

হৌজিক ফাওবা, হিন্দু পরিবারদদি মুপী অমনা ব্রাহ্মণ বর্ণদা হৌনবী সম্মান চপ চানা উৎনরি, ব্রহ্মবন্ধু (ব্রাহ্মণ শাগৈ) অমনা লৈখা তারবসু অদুগা তুকচনভাই ওইরবসু। অদুগা মুপাশিংনদি মতীক চাবা ব্রাহ্মণগী ইমুঙদা পোক্লগা তৌথোরকপদনা শূদ্রশিংদগী ফাওবা হন্থরবা ব্রহ্মবন্ধুশিংগী মতৌদি তাথীনা ভাওবা হৌনরক্লে।

শ্লোকসিদা শীজরবিবা থোইদোকপা বাক্রেদি 'বামস্বভাবা' (মেণ্ডবা তপ্পনা মহৌশা ওইজরিবী) হায়বসিনি। অমুবা মুপা নত্রগা মুপী অমনা পোৎ খুদিংমকলু ইনায়-নায়মা হেক্লা য়াবী, অদুগা অচম্বা বুদ্ধিগী মীৎতানদি অমুম্না থক য়াবিদে। অমসু ওইরকসু অমবু ওইরবসু, মেণ্ডবা তপ্পা ওই-নবগীদমক অক-বত্তা থায়বগী শক্তিখুদি ঐখোরমা থাদোকপা চুমদে। পোৎশক অমগী মগুণ

চপ চানা লেপ্পবা ঐখোয়গী অচুম অরাল খায়বগী শক্তি লৈকম থোকই। অদুনা ঐখোয়না মুপীগী অমেংবা স্বভাব অদু লৌকম থোক্কে, অমসুং ওইদববু য়াবিকম থোক্কে। অশ্বত্থামাবু স্বভাব-ফবী মুপী অমনা সম্মান তৌজবা য়াই; অদুবু মতুম তৌরে হায়দুনা অশ্বত্থামাদো অশেংবা ব্রাহ্মণ অমগুম্না ফবা খক য়াই হায়বা য়ারোই।

শ্লোক ৪৩

**উবাচ চাসহন্ত্যস্য বন্ধনানয়নং সতী।**
**মুচ্যতাং মুচ্যতামেষ ব্রাহ্মণো নিতরাংগুরুঃ ॥ ৪৩ ॥**

শব্দার্থ

উবাচ—হায়রম্মী; চ—অমসুং; অসহন্তী—খাঙভমদ্রদুনা; অস্য—মাগী; বন্ধন—পুল্লগা; আনয়নম্—পুরকপা; সতী—মপুরোইবা নীংবীনা; মুচ্যতাম্-মুচ্যতাম—থাদোকপিয়ু, থাদোকপিয়ু; এষঃ—অসি; ব্রাহ্মণঃ—ব্রাহ্মণ; নিতরাম্—ঐখোয়গী, কৈনোমা তৌদুনা (সর্ব্বথা ; গুরুঃ—গুরুবু।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

দ্রৌপদীনা অশ্বত্থামাবু খৌবীনা পুনবদো উবদা খাঙবা ঙম্মদে, সতী ওইবা মরম্না মহাক্না হায়রম্মী—মহাকপু থাদোকপিয়ু, থাদোকপিয়ু, মরমদি মহাকসে ব্রাহ্মণ অমনি ঐখোয়গী গুরুনি।

নৈনরোল

অশ্বত্থামাবু দ্রৌপদীগী মমাঙদা হেক পুরকপদা ব্রাহ্মণ অমবু থোইদোক্না গুরুগী মচাবু মরাল্লৈবা অমদোনা ফাদুনা ফীভমদুদা পুরক্লম্বদু খাঙহৈবা পোং নত্তে হায়না দ্রৌপদীনা খল্লম্মী।

অর্জুনদি অশ্বত্থামাবু দ্রোণাচার্য্যগী মচানুপানি হায়বদু মপুংফানা খঙনা খঙনা ফারক্লিবনি। কৃষ্ণনসু অদুম খঙলম্মী, অদুবু মখোয়নিনা মীহাৎপদুবু ব্রাহ্মণনি হায়বা খন্দবমখৈ থীনা ঙাঙলম্মী। শাস্ত্রনা হায়রি—ওজা নত্রগা দীক্ষা গুরুবু মহাক্না গুরু ওইবদা মতীক চাদ্রবদি লঙখাইবা য়াই। গুরুবু আচার্য্য হায়নসু কৌই, হায়বদি মহাক মশামক্না শাস্ত্র পুম্বগী সরাংশ খঙদুনা চৎলগা মাগী শিষ্যশিংনসু শাস্ত্রগী মতুং ইন্না চৎপদা মতেঙ পাংবা ঙম্বা মী হায়বনি। অশ্বত্থামাদি ব্রাহ্মণগী ওজাগী মথৌ তৌবা ঙম্মদরে, মবমদুনা ব্রাহ্মণগী ওইবা অরাংবা মফমদুদগী মহাকপু চিংথবা তাবনি। মবম অসিগীদমক হায়রুরগদি ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগা অর্জুনগনা অশ্বত্থামাবু তোম্না খনবসি চুম্বনি। অদুবু দ্রৌপদীগুম্বী পূকফবী মুপীনদি রাফমসিবু শাস্ত্রগী মীৎয়েংদগী য়েংদুনা খল্লমদে, চৎনবী কইগী মাযকৈদা য়েংলম্মী। চৎনবী রুহীগী মতুং ইন্না মপাবুংদা তৌবগুম্না অশ্বত্থামাদসু চপ মান্নবা সম্মান তৌরম্মী। মতুম তৌরম্বগী মরমদি মী থ্বাইনা ব্রাহ্মণ অমনা পোকপা মচানুপাবু অশেংবা ব্রাহ্মণ অমনি হায়না লৌনৈ, মরম চাবা চাদবা থিরুদে। অওইবা থিজন্নুরবদি রাফমসি লাল্লি। মী অমবু ব্রাহ্মণনি হায়না লৌগদবদি মগুণগী মতুং ইন্ননি, মানা ব্রাহ্মণ অমগী মচা ওইনা পোক্লবগীদমক নত্তে।

মতুম মতুম ওইনমক অশ্বত্থামাবু খুদক্তদা থাদোকহন্নীংলম্মী। মসি অমবু ওইরবসু অমবু ওইরবসু দ্রৌপদীগীদি পূকচেল যবা উৎপনি। মসিনা ভগবান্গী ভক্তনা অরাবা মথল পুম্নমক মশামক্তদি খাঙবা ঙম্মী, অদুগা অসিগুম্বা ভক্তশিংনা মী অতৈবু মুংশিদবদি ঙমদে, করি হায়নি য়েক্লববু ফাওবদা থৌজান্দবা ঙমদে। ময়াম অসি ভগবান্গী শুদ্ধ ভক্তগী লক্ষণ ঙাক্লি।

শ্লোক ৪৪

**সরহস্যো ধনুর্বেদঃ সবিসর্গোপসংযমঃ।**
**অস্ত্রগ্রামশ্চ ভবতা শিক্ষিতো যদনুগ্রহাৎ ॥ ৪৪ ॥**

শব্দার্থ

সরহস্যঃ—অথুপ্পা; ধনুঃ-বেদঃ—লীরুং তেন হৈবগী বিদ্যা; সবিসর্গ— কাপ্পা; উপসংযমঃ- হনজনবা; (সংহার); (সবিসর্গ-উপসংযমঃ—কাপ্পা অমসুং হনজনবগা লোয়ননা); অস্ত্র—খুৎলাই; গ্রামঃ- মথল পুম্বা; (অস্ত্রগ্রামঃ -খুৎলাই মথল পুম্বা); চ—অমসুং; ভবতা—নহাক্না; শিক্ষিতঃ—তম্বনি, হৈবনি; যৎ—মহাক্নাঃ অনুগ্রহাৎ—চানবিবদগী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

দ্রোণাচার্যানা চানবিবদগী নহাক্না তেন কাপ্পা অমসুং সংহার তৌবগী অথুপ্পা বিদ্যাসু হৈবনি।

নৈনরোল

বেদ মন্ত্র শোল্লগা তেন কাপ্পা অদুগা হনজনবগী অথুপ্পা মরোলশিংগা লোয়ননা ধনুর্বেদ হায়বদি লানগী বিদ্যাদো অর্জুনদা দ্রোণাচার্যানা তম্বীখি। অপোৌবা লানগী বিদ্যাদি প্রাকৃত ওইবা খুৎলাইগী মপানতাংবনি, অদুগা মন্ত্রদগী হেন্না কৃপশনবদি বেদ মন্ত্রনা হারবা তেঙ্গৈ ময়াম কাপ্পা হৈবগী বিদ্যানি; মসিগুম্বা কৃপশনবা খুৎলাইদি মেছিন-গন নত্তগা আণবিক বোমাগুম্বা অপোৌবা প্রাকৃত খুৎলাইদগী হেন্না থবক তৌই। খুৎলাই সংহার তৌবসে বেদ মন্ত্রননি হায়বদি প্রাকৃত নত্তবা খোনগী বিজ্ঞাননি। ভগবান্ শ্রীরামচন্দ্রগী মপাবুং দশরথ মহারাজনা খোন্থগী পান্থৈনা তেন সংহার তৌই হায়বসি রামায়ণদা য়াওরি। মাদি মাগী লক্ষ্য (পান্দম) উদ্রবরু মখোন তারগদা মাগী তেঙ্গৈ কাওদোক্লনা চংহনবা ঙম্মী। মরমদুনা মসি হৌজিক্কান্দা শীজন্নরিবা লানগী খুৎলাই অপোৌবশিংদগী হেন্না কৃপ্পা লানগী বিদ্যানি। মসি পুম্নমক অর্জুনদা তম্বিখি, মরমদুনা মহাক্না ফংখিবা কান্নবা ময়ামদুগীদমক অর্জুন অদো আচার্য্য দ্রোণগী মফমদা লম্মন তোল্লবনি হায়না খনকম থোকই হায়বসে দ্রৌপদীনা পাম্মী। দ্রোণাচার্য্য লৈত্রবদদি মচানুপানা মাগী প্রতিনিধিনি। পুক্কবী মুপী দ্রৌপদীগী মত-নি অদু। চপ চানা ব্রাহ্মণ লীচৎ চৎপা দ্রোণাচার্যানা লানগী খুৎলাই তম্বীবা ওজা ওইকম থোকপগে হায়না য়েংপা য়াই। মদুগী পাওখুমদি অসিনি—মানা খঙল্-হৈরুবা বিদ্যাসু অমা ওইরবসু অমা ওইরবসু ব্রাহ্মণদি ওজা ওইকম থোকই। বিদ্যা হৈবা ব্রাহ্মণ অমনা ওজা, পুরোহিত অমদি দান পাত্র ওইকম থোকই। ব্রাহ্মণ অশেঙবনা হায়রিবা থবকশিংসে তৌগদবনি হায়না শাস্ত্রনা য়াই।

শ্লোক ৪৫

**স এব ভগবান্ দ্রোণঃ প্রজারূপেণ বর্ত্ততে।**
**তস্যাত্মনোঽর্দ্ধং পত্‍ন্যাস্তে নান্বগাদ্বীরসূঃ কৃপী ॥৪৫॥**

শব্দার্থ

সঃ—মহাক; এব—লেপ্পমক; ভগবান্—শক্তিচেনবা; দ্রোণঃ—দ্রোণাচার্যা; প্রজারূপেণ—মচানুপা অশ্বত্থামা ওইনা; বর্ত্ততে—লৈরি; তস্য—মহাক্কী; আত্মনঃ—হকচাঙগী; অর্দ্ধম্—তংখায়; পত্নী—মুপী, আস্তে—হিংলি; ন—নত্তে; অন্বগাৎ—তুং ইল্লম্মী; (ন অন্বগাৎ—তুং ইন্দে); বীরসূঃ—মচানুপা লৈবী; কৃপী—দ্রোণগী মুপী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাক (দ্রোণাচার্য্য) মচানুপা অশ্বত্থামা ওইনা লৈরি। মাগী হকচাঙ তংখায় ওইবী মুপী কৃপীনা মচানুপা লৈরিবনিনা মাগী তুং ইন্দুনা শিমিন্নরমদে।

নৈনরোল

দ্রোণাচার্য্যগী মুপী কৃপীদি কৃপাচার্য্যগী মচনমুপীনি। মপুরোইবা নীঙবী মুপীনা শাস্ত্রগী মতুঙ ইন্না মপুরোইবগী হকচাঙ তংখায় ওইবনিনা মচা পোক্লবদি মপুরোইবগা লোয়ননা শিমিন্নজবগে

হায়বা য়াই। অদুবু দ্রোণাচার্য্যগী মুপীদি অসিগুম্বা শিমিন্নবা তৌরমদে, মরমদি মপুরোইবগী প্রতিনিধি ওইবা মচানুপা লৈরম্মি। মপুরোইবনা পোকপা মচানুপা অমা লৈরবোইদি লুপ্তাবীদো মমিংভদা লুপ্তা ওইজবনি। মতৌ অদুম্না অমরোমদা হায়রগা অশ্বত্থামানা দ্রোণাচার্য্যগী প্রতিনিধিনি, মরম অদুনা অশ্বত্থামাবু হাৎপদি দ্রোণাচার্য্যবু হাৎপনি। মসে অশ্বত্থামাবু হাৎপা থিংনবা দ্রৌপদীগী যুক্তিনি।

শ্লোক ৪৬

**তদ্ধর্মজ্ঞ মহাভাগ ভবদ্ভিগৌরবং কুলম্।**
**বৃজিনং নার্হতি প্রাপ্তুং পূজ্যং বন্দ্যমভীক্ষ্ণশঃ ॥ ৪৬ ॥**

শব্দার্থ

তৎ—মরমদুনা, ধর্মজ্ঞঃ—ধর্ম খঙবা মী; মহাভাগ—য়াম্না লাইবক ফবা; ভবদ্ভিঃ—অদোম্না; গৌরবম্—গুরুগী সম্বন্ধি; কুলম্—শাগৈ; বৃজিনম্—অৱাবা; ন—নত্তে; অর্হতি—মতীক ওই; (ন অর্হতি—মতীক ওইদে); প্রাপ্তুম্ - ফংবগী; পূজ্যম্—লাৎনঙাই ওইবা; বন্দ্যম্—খুরুমনঙাই ওইবা; অভীক্ষ্ণশঃ—মতম পুম্বদা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে লাইবক ফবা অমসুং ধর্ম খঙবা, মতম পুম্বদা লাৎনঙাই অমসুং খুরুমনঙাই ওইবা গুরুগী শাগৈদা অৱাবা পীবদি নহাক্কী হৌনবা নত্তে।

নৈনরোল

ইকাই-খুম্নঙাই ওইবা ইমুং অমদা ইকাইবা মচেৎ অমতং পীবদা মুংঙাইনঙাই ওইগ্রিবনি। মরমদুনা হৌন খঙবা মীন লাৎনঙাই ওইবা ইমুংগী মীশিংগা লোয়নবা মতমদা মতম পুম্বা চেকশনগদবনি।

শ্লোক ৪৭

**মা রোদীদস্য জননী গৌতমী পতিদেবতা।**
**যথাহং মৃতবৎসার্ত্তা রোদিম্যশ্রুমুখী মুহুঃ ॥ ৪৭ ॥**

শব্দার্থ

মা—তৌনু; রোদীৎ—কপহনবা; অস্য—মাগী; জননী—অপোকপী মমা; গৌতমী—দ্রোণগী মুপী; পতিদেবতা—মপুরোইববু লাই ওইনা নীঙজবী; যথা—মদুগুম্না; অহম্—ঐ; মৃতবৎসা—মচা শিগ্রবী মুপী; আর্ত্তা—খরাই-ৱাবী; রোদিমি—কপ্পী; অশ্রুমুখী—পিরাং শিম্বা মায়খোঙ পানবী; মুহুঃ—মতম পুম্বদা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

দ্রোণাচার্য্যগী মুপী গৌতমীবু ঐনা কপ্পগুম কপহনগনু। ইচাশিং শিখিবদা ঐগী খরাই ৱারি। ঐগুম্না মহাক তত্তনা কপ্পা ফত্তে।

নৈনরোল

মীনুংশি খঙবী মুপী অমা ওইবনিনা শ্রীমতী দ্রৌপদীনা দ্রোণাচার্য্যগী মুপীবু, মমা ওইবীগী পুকচেলগী মায়কৈদা য়েংলগসু অদুগা দ্রোণাচার্য্যগী মুদুরেম্বী ওইনা ইকাই খুম্নঙাই ওইরম্বগী মায়কৈদা য়েংলগসু মচা লৈজদবগী ফীভমদা থম্বিবা পামদে।

শ্লোক ৪৮

**যৈঃ কোপিতং ব্রহ্মকুলং রাজন্যৈরজিতাত্মভিঃ।**
**তৎ কুলং প্রদহত্যাশু সানুবন্ধং শুচার্পিতম্ ॥ ৪৮ ॥**

শব্দার্থ

যৈঃ—মখোয়দ্ধুনা; কোপিতম্—শাউহল্লবা; ব্রহ্ম-কুলম্—ব্রাহ্মণ শাগৈ; রাজন্যৈঃ—ক্ষত্রিয়শিংনা; অজিত—নম্রহৎতবা; আত্মভি—মশাগী মন; (অজিত-আত্মভিঃ—শাউগনবা); তৎ—মখোয়গী; কুলম্—শাগৈ; প্রদহতি—চাক্কনি; আশু—থুনমক; স-অনুবন্ধম্—ইয়ুঙগী মী পুম্নমক পুন্না; শুচা-অর্পিতম্—অৱাবদা তাহনবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

রাজন্যশিংনা মবুক ঋারকপা ঙমদহুনা ব্রাহ্মণকুলবু শাউহল্লবদি অশাউবগী মৈহুনা রাজন্যশিংগী কুল পুম্নবু থুনমক চাকথেক্কনি অদুগা লোইনমকপু অৱাবদা তাহনগনি।

নৈনরোল

সমাজগী ব্রাহ্মণ কুল হায়বদি পরমার্থগী মায়কৈদা চাওখৎলবা বর্ণ নত্রগা মী-কাঙলুপ অমস্তুং অদুম্না রাংনা থম্নরবা শাগৈগী মীশিংবু হম্নবা বর্ণশিংনা হায়বদি ক্ষত্রিয়, বৈশ্য অমসুং শূদ্রশিংনা সম্মানগা লোয়ননা ব্যবহার তৌই।

শ্লোক ৪৯

**সূত উবাচ**

**ধর্ম্ম্যং ন্যায্যং সকরুণং নির্ব্যলীকং সমং মহৎ ।**
**রাজা ধর্ম্মসুতো রাজ্ঞ্যাঃ প্রত্যনন্দদ্বচো দ্বিজাঃ ॥ ৪৯ ॥**

শব্দার্থ

সূতঃ উবাচ—সূত গোস্বামীনা হায়রম্মী, ধর্ম্ম্যম—ধর্ম্মগী হৌনবী মতুঙ ইনবা; ন্যায্যম্—অচুম্বা, সকরুণম—নুংশিবিবা; নির্ব্যলীকম্—লৌথুপ্তবা; সমম্—মান্নবা চৎপা; মহৎ—লেম্নঙাই ওইবা; রাজা—নিংথৌ; ধর্ম্মসুত—ধর্ম্মগী মচানুপা (যুধিষ্ঠির); রাজ্ঞ্যাঃ—মহারাণীনা (ঙাঙবা); প্রত্যনন্দৎ—য়ারম্মী; বচঃ—ৱাশিংদো; দ্বিজাঃ—হে দ্বিজ পুম্বা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সূত গোস্বামীনা হায়রম্মী—হে ব্রাহ্মণ পুম্বা, মহারাণী দ্রৌপদীনা ঙাঙলকপদা ধর্ম্মগী ওইবা হৌনবী মতুঙ ইল্লবসু চুম্বা, নুংশিবিবা, লৌথুপ্তবা, মান্নবা চৎপগী ওইবা, লেম্নঙাই ওইবা ৱাহৈশি দু ধর্ম্মগী মচানুপা যুধিষ্ঠিরনা চুম্মী হায়না য়াবম্মী।

নৈনরোল

ধর্ম্মরাজ হায়বদি যমরাজগী মচানুপা মহারাজ যুধিষ্ঠিরনা অশ্বত্থামাবু থাদোকপীনবা তর্জ্জনদা মহারাণী দ্রৌপদীনা হায়রম্বা ৱা পুম্বদো পুঙয়োক য়োকখৎলম্মী। অচৌবা ইয়ুঙ অমগী মীবু ইকাইবা পীবা উরগা কনানসু থাঙফম থোক্তে। অর্জ্জুননা দ্রোণাচার্য্যদগী খুৎলাই তমলুবা মরম্না অর্জ্জুনগা মাগী ইমুঙগী মীগনা দ্রোণচার্য্যগী মফমদা লম্মন তোল্লবনি। অসিগুম্বা কান্নবা তৌবিরকপা ইমুঙদা তৌবিমন থঙবা উৎত্রবদি নৈতিক ওইবা মীংয়েংদগী চুমদবা অমা ওইরগনি। দ্রোণাচার্য্যগী মুপীদি মপুরোইবগী হকচাঙ তঙ্খাই ওইবনিনা মাবু নুংশিবীবগা লোয়ননা অমসুং মচানুপা শিরবদা ৱাবদো থোকহনফদে। মতুনি মীনা অৱাবা তারবদা নুংশিবীবা হায়বদো। দ্রৌপদীগী ৱাশিংসে লৌথুপ লোকোই য়াওদবনি; মরমদি থবক হায়বলিদবু পুরা থঙনা তৌফম থোকই। মান্নবগী মীৎয়েংসু য়াওরম্মী মবগদি দ্রৌপদীনা ঙাঙলম্বা পুম্বসে মশানা মচা কায়নবগী অৱাবা যংলবা মতুঙদা ঙাঙলম্বনি।

অথুংবী নুপীনা মমা ওইবগী অরাবসে খঙবা পোৎ নত্তে। দ্রৌপদীদি মশামক মমা অমা ওই-রম্লিবনি। মরমচুনা কৃপীনা কয়ামুক বাগনি হায়না মানা হায়বচুদি চপ-চাবা বা ওইগদবনি। মাগী বাচনু লেম্নঙাইনি মরমদি মহাক্না অচৌবা পরিবার অমদা সম্মান উৎনীংলম্মী।

শ্লোক ৫০

**নকুলঃ সহদেবশ্চ যুযুধানো ধনঞ্জয়ঃ।**
**ভগবান্ দেবকীপুত্রো যে চান্যে যাশ্চ যোষিতঃ॥ ৫০॥**

শব্দার্থ

নকুলঃ—নকুল; সহদেবঃ—সহদেব; চ—অমসুং; যুযুধানঃ—সাত্যকি; ধনঞ্জয়ঃ—অর্জুন; ভগবান্—পরমেশ্বর ভগবান্; দেবকীপুত্রঃ—দেবকীগী মচানুপা শ্রীকৃষ্ণ; যে—মখোয়দো; চ—অমসুং; অন্যে—অতৈ; যাঃ—মখোয়দো; চ—অমসুং; যোষিতঃ—নুপীশিং।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(নিংথৌগী মনাওনুপা) নকুল অমসুং সহদেব, সাত্যকি, অর্জুন, দেবকীগী মচাবুংঙো শ্রীকৃষ্ণ, অদুদগী নুপীশিং অদুগা অতৈ অতৈ পুন্নমক্না দ্রৌপদীগী বা তাবদা যুংঙাইরম্মী।

শ্লোক ৫১

**তত্রাহামর্ষিতো ভীমস্তস্য শ্রেয়ান্ বধঃ স্মৃতঃ।**
**ন ভর্তুর্নাত্মনশ্চার্থে যোঽহন্ সুপ্তান্ শিশূন্ বৃথা॥ ৫১॥**

শব্দার্থ

তত্র—মদুদা; আহ—হায়রম্মী;; অমর্ষিতঃ—শাউনা; ভীমঃ—ভীম-না; তস্য—মহাকী; শ্রেয়ান্—য়াইফনবা; বধঃ—হাৎপা; স্মৃতঃ—চুম্মী হায়না নীঙশিংলম্মী; ন—নত্তে; ভর্তুঃ—মপুগী; ন—নত্তে; আত্মনঃ—মশাগী; চ—অমসুং; অর্থে—কান্নবগীদমক; যঃ—মহাক; অহন্—হাৎলে; সুপ্তান্—তুম্লিবা; শিশূন্—অঙাঙশিংবু; বৃথা—অরেম্বদা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অদুম ওইনমক ভীমনদি শাউরদুনা মখোয়না হায়বদু য়ারমদে, অদুগা মাবু হাৎকম থোকই হায়রম্মী মরমদি মাগী মপু দুর্যোধনগীসু অদুগা মশামক্কীসু করিমতা কান্নদবমখৈ তুম্লিবা অঙাংশিংবু অরেম্বদা মানা হাৎতোকখি।

শ্লোক ৫২

**নিশম্য ভীমগদিতং দ্রৌপদ্যাশ্চ চতুর্ভুজঃ।**
**আলোক্য বদনং সখ্যুরিদমাহ হসন্নিব॥ ৫২॥**

শব্দার্থ

নিশম্য—নাকোঙনা তারগা; ভীমগদিতম্—ভীমগী বা; দ্রৌপদ্যাঃ—দ্রৌপদীদগী; চ—অমসুং; চতুর্ভুজঃ—খুৎ-মরি-লোঙবা (ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণ); আলোক্য—য়েংদুনা; বদনম্—মায়থোং; সখ্যুঃ—মতাওগী; ইদম্—অসি; আহ—হায়রম্মী; হসন্—নোক্না নোক্না; ইব—গুম্না।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ভীমগী অমসুং দ্রৌপদীগী বা তারগা খুৎ-মরি-লোঙবা ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনা মতাও অর্জুনগী মায়থোং য়েংলগা নোকপগুম তৌনা তৌনা অসি হায়রকখি।

নৈনরোল

ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী পাম্বোম অনীতনি লৈরম্বা, অদুগা মফমসিদা মহাকপু খুৎ-মরি লোঙবা (চতুর্ভুজ) হায়বা করিগীনো হায়বদু শ্রীধর স্বামীনা ব্যাখ্যা তৌরি। অশ্বত্থামাবু হাৎপগী মরমদা ভীমগা দ্রৌপদীগা মত তিন্নরমগ্রে। ভীমনা পাম্বনা মহাকপু খুদক্তা হাৎতোকপা, অদুগা দ্রৌপদীনা পাম্বনা মথরাই কনবিবা। ভীমনা হাৎকদৌবগী শেম শারে অদুগা দ্রৌপদীনা মাবু থিংলি। মথোয় অনীমকপু খাম্নবা হায়দুনা ভগবান্না মপাম্বোম অনী অমসু পুথোক্লম্মী। মহৌশা ওইনদি অনাদি ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী পাম্বোম অনীদনি, অদুবু নাবায়ণগী শক্তমদদি পাম্বোম মরি উৎলি। মাগী নারায়ণগী শক্তমদা মহাক্কী ভক্তশিংগা লোয়ননা মহাক দিব্য আকাশদা বৈকুণ্ঠ লোক-তা লৈ, মশাগী ওইবা শ্রীকৃষ্ণগী শক্তমদা বৈকুণ্ঠ লোক অদুদগী আ লাপ্পা লাপ্পা মথক্তা কৃষ্ণলোক কৌবদুদা লৈ। মরমসিনা শ্রীকৃষ্ণবু চতুর্ভুজ কৌবদা করিসু য়েৎনঙাই লৈতে। উৎপবু তারবদি মহাক্না অর্জুন-দা বিশ্বরূপ উৎপগুমনা মপাম্বোম লীশিং উৎপা ঙম্মী মহাক্তি। মরমসিনা মপাম্বোম লীশিং লীশিং উৎপা মহাক্না পাম্বোম মরি উৎপদি করিসু লৈতে।

অর্জুননা অশ্বত্থামাবু করি তৌগদগে হায়বদা বিভুলা চুরবদা ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনা অর্জুনগী য়াম্না চাম্নবা মরুপ ওইবনা উপায় তারুবা রাযম অদু মরম্নাই ওইনা লৈখৎলম্মী। মহাক মোমোন মোমোনসু নোক্লম্মী।

শ্লোক ৫৩-৫৪

শ্রীভগবানুবাচ

ব্রহ্মবন্ধুর্ন হন্তব্য আততায়ী বধার্হণঃ।
ময়ৈবোভয়মাম্নাতং পরিপাহ্যনুশাসনম্ ॥ ৫৩ ॥
কুরু প্রতিশ্রুতং সত্যং যত্তৎ সান্ত্বয়তা প্রিয়াম্।
প্রিয়ঞ্চ ভীমসেনস্য পাঞ্চাল্যা মহ্যমেব চ ॥ ৫৪ ॥

শব্দার্থ

শ্রীভগবান্—শ্রীকৃষ্ণ, উবাচ—হায়রম্মী; ব্রহ্মবন্ধুঃ—ব্রাহ্মণগী শাগে; ন—নত্তে; হন্তব্য—হাৎহৈ; (ন হন্তব্য—হাৎহৈদে); আততায়ী—আততায়ী, য়েক্লবা; বধ-অর্হণঃ—হাৎকম থোক্লবা (ওই); ময়া—ঐনা; এব—লেপ্পমক; উভয়ম্—অনীমক; আম্নাতম—শাস্ত্রদা ব্যবস্থা তৌরে; পরিপাহি—ঙাকউ; অনুশাসনম্—শাস্ত্রগী য়ায়েল; কুরু—তৌ; প্রতিশ্রুতম্—ৱাশকখিবা; সত্যম্—অওইবদো; যৎ—মদু; তৎ—মদু; সান্ত্বয়তা—পুকথেমখিবা; প্রিয়ম্—অপাম্বা; চ—অমসুং; ভীমসেনস্য—ভীমসেনগী; পাঞ্চাল্যাঃ—দ্রৌপদীগী; মহ্যম্—ঐগীদমসু; এবম—লেপ্পমক; চ—অমসুং।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

পরমেশ্বর ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনা হায়রম্মী—ব্রাহ্মণগী শাগেবুদি হাৎহৈদে; অদুবু মহাক্না খুৎলাই পায়বা আততায়ী ওইরবদি মাবু হাত্তোকদবনি। য়ায়েলশিংসে ঐনা শেম্বা শাস্ত্রগী ব্যবস্থানি। নঙনা শাস্ত্রগী মতুঙ ইন্না তৌবা তারে। নঙনা নঙগী মুংশিবী তালোইদা ৱাশকখিবদুসু ঙাকপা তাই, অদুগা ভীমসেনগা ঐগবুসু পেম্নবা তৌবা তাই।

নৈনরোল

তোঙান্-তোঙানবা শাস্ত্র-লেংবা মীনা লেংলবা তোঙান-তোঙানবা শাস্ত্রগী রা মতুঙ ইন্না অশ্বত্থামাবু হাৎপসু তারম্মী অদুগা মথরাইসু কনবা তারম্মী, মরমদুনা অর্জুনদো করি তৌগদগে হায়বগী মফম

খণ্ডলমদ্রে। ব্রহ্মবন্ধু হায়বদি ব্রাহ্মণনা পোকপা মতীক চাদবা মচা ওইরিবা অশ্বত্থামাবু হাৎহৈদে, অদুবু মহাক্তি আততায়ী অমম্ম ওইরে। মনুগী অনুশাসন মতুঙ ইন্না, আততায়ী অমনা ব্রাহ্মণ ওইরবসু (ব্রহ্মবন্ধুগী বাদি করি হায়রুনি) মাবু হাৎকদবনি। দ্রোণাচার্য্যদি ব্রাহ্মণ শব্দগী চপ চাবা অর্থ মতুঙ ইন্না ব্রাহ্মণ অমনি, মরমদি মহাক লানফমদা থবাই থাখিবনি। অদুবু অশ্বত্থামানা আততায়ী ওইরবসু মহাক খুৎলাই পায়দবমখৈ লেপ্পরে। শাস্ত্রগী অনুশাসন অমনা হায়রি—আততায়ীবু খুৎলাইগা রথগা য়াওদ্রবা মতমদা হাৎহৈদে। বারম ময়ামসিনা অর্জ্জুনদো বিভুলা চুরম্নে অদুদগী অমুক, অর্জ্জুনদো দ্রৌপদীগী মমাঙমক্তদা মাবু থেমজন্নবা হায়দুনা শকখিবা বাশক অদুসু ঙাকপা তারম্মী। অদুগা অশ্বত্থামাবু হাৎলু হায়না পাওতাক্লম্বা ভীমসেন অমসুং কৃষ্ণবুসু মহাক্লা পেলহনবা তারম্মী। অর্জ্জুনদো মুঙ অনীগী মরক্তা হা ওনবগুম ওল্লম্মে। মদুদা শ্রীকৃষ্ণনা উপায় তাক্লক্লে।

শ্লোক ৫৫

**সুত উবাচ**

**অর্জ্জুনঃ সহসাজ্ঞায় হরেৰ্হার্দমথাসিনা।**
**মণিং জহার মূর্ধন্যং দ্বিজস্য সহমূর্ধজম্ ॥ ৫৫॥**

**শব্দার্থ**

সূতঃ—সূত গোস্বামী; উবাচ হায়রম্মী; অর্জ্জুনঃ—অর্জ্জুন; সহসা—খঙহৌদনা; আজ্ঞায়—খঙলদুনা; হরেঃ—হরিগী; হার্দম্—অপাম্বা; অথ—অদুদগী; অসিনা—থাঙশাংনা; মণিম্—মণি; জহার—লৌথোক্লম্মী; মূর্ধন্যম্—লুবাই-লুতোনগী; দ্বিজস্য—ব্রাহ্মণগী; সহমূর্ধজম্—শম্নাংগা লোয়নননা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

থুনমক অর্জ্জুনা শ্রীহরিগী অপাম্বদে খঙলদুনা মাগী থাঙশাংনা অশ্বত্থামাগী মকোক্তগী শম্নাংগা লোয়নননা মণি লৌথোক্লম্মী।

নৈনরোল

তোঙান তোঙানবা মীগী তোঙান তোঙানবা য়াথং পাঙথোকপদি ওইথোক্তবনি। অর্জ্জুনা মবুদ্ধি অথৌবদু শীজন্নদুনা অনীমক্লা য়াননবা বাফম অমা পুথোকখি। মহাক্লা অশ্বত্থামাগী মকোক্তগী মণিদু লোথোক্লম্মী। মসি মঙক ককপগা চপ মান্নে। অদুম ওইনমক মথবাইদি চাননা হিংহৌরে। মফমসিদা অশ্বত্থামাবু দ্বিজ (অনীরক হন্না পে কপা) হায়না উৎলি। তশেংবদি মহাক দ্বিজ অমনি, অদুবু মহাক্তি মফম তারম্নে; মরমদুনা মাবু মতীক চানা শাস্তি তৌরবনি।

শ্লোক ৫৬

**বিমুচ্য রশনাবদ্ধং বালহত্যাহতপ্রভম্।**
**তেজসা মণিনা হীনং শিবিরান্নিরয়াপয়ৎ ॥ ৫৬॥**

**শব্দার্থ**

বিমুচ্য—থাদোকপিরগা; রশনাবদ্ধম্—থৌরীনা পুন্নবদু; বালহত্যা—অঙাং হাৎপা; হতপ্রভম্—মায়মকপা; (বালহত্যাহতপ্রভম্—অঙাং হাৎলুবদগী মকশিল্লবা); তেজসা—ব্রহ্মতেজগা; মণিনা—মণিগা; হীনম্—য়াওদ্রবা; শিবিরাৎ—লানশঙদগী; নিরয়াপয়ৎ—তান্থোকখিরম্মী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অঙাঙ হাৎলুবা মরম্মা অশ্বত্থামাগী মমায় মকশল্লম্মী। হৌজিক্তি ব্রহ্মতেজগা মণিগা অনীমক য়াওত্রবনিংনা মতু উরগা অর্জুন্না অশ্বত্থামাগী পুল্লম্বা থৌরীত্থু থাদোবপিরগা লানশঙদগী মহাকপু তাম্থোকখিরম্মী।

### নৈনরোল

ভগবান্ কৃষ্ণগী অমস্থং অর্জুনগগী বুদ্ধিনা মতৌ অস্থুম্মা ইকাইবা ফংলত্থুনা মায়খুরবা অশ্বত্থামাবু হাৎস্থ হাৎলম্মী হাৎস্থ হাৎলমদে।

### শ্লোক ৫৭

**বপনং দ্রাবিণদানং স্থানান্নির্যাপণং তথা।**
**এষ হি ব্রহ্মবন্ধুনাং বধো নান্যোঽস্তি দৈহিকঃ ॥ ৫৭ ॥**

### শব্দার্থ

বপনম্—শম কোকপা; দ্রবিণ—লাল; অদানম্—মৎপা; স্থানাৎ—মফমদগী (ময়ুমদগী); নির্যাপণম্—তাম্থোকপা; তথা—স্থু; এষঃ—মসিপুম্বা; হি—লেপ্পমক; ব্রহ্মবন্ধুনাম্—ব্রাহ্মণগী শাগৈদগী; বধঃ—হাৎপা; ন—নত্তে; অন্যঃ—অতোপ্পা মওং; অস্তি—লৈ; (ন অস্তি—লৈতে); দৈহিকঃ—হকচাঙগী ওইবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কোক্তগী শম কোকথোকপীবা, মরল মৎপিবা অত্থুগা ময়ুমদগী তাম্থোকপীবা হায়বসি ব্রহ্মবন্ধুশিংদা পীননবা শাস্তিনি। অসি নত্তবা হকচাঙগী ওইবা শাস্তি মওং অতৈ অমা লৈতে।

### শ্লোক ৫৮

**পুত্রশোকাতুরাঃ সর্ব্বে পাণ্ডবাঃ সহ কৃষ্ণয়া।**
**স্বানাংমৃতানাং যৎকৃত্যং চক্রুর্নির্হরণাদিকম্ ॥ ৫৮ ॥**

### শব্দার্থ

পুত্র—মচানুপা; শোক—কায়নবগী রাবা; অতুরাঃ—থুমহৎলবা; (পুত্রশোকাতুরাঃ—মচানুপা-শিংগা কায়নবগী রাবনা লোইরম্লবা): সর্ব্বে—পুম্নমক; পাণ্ডবাঃ—পাণ্ডবশিংদো; সহ—লোয়ননা; কৃষ্ণয়া—দ্রৌপদীগা; স্বানাম্—মরী মতাগী; মৃতনাম্—শিত্রবশিংগী; যৎ—করি; কৃতম্—তৌফম থোকপা; চক্রুঃ—তৌরে; নির্হরণ-আদিকম্—মৈ থানবগী পুবনচিংবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অত্থুগী তুংদা, মচানুপাশিং কায়নবগী রাবনা লোইরবা পাণ্ডবশিংনা দ্রৌপদীগা লোয়ননা মথোয়গী মরীমতাশিংগী অশিবা হকচাঙশিংত্থুগী পোৎলোইবনচিংবা তৌথি।

অস্থুম্মা ব্রহ্মসূত্রভাষ্য শ্রীমদ্ভাগবতম্গী অহানবা স্কন্দদা দ্রোণগী মচানুপাবু দণ্ড তৌবা (দ্রৌণিদণ্ডঃ) কৌবা ভরেৎশুবা অধ্যায়গী ভক্তিবেদান্ত নৈনরোল লোইরে।

# নীপালগুবা অধ্যায়

## মহারাণী কুন্তীগী প্রার্থনা

শ্লোক ১

**সূত উবাচ**

**অথ তে সম্পরেতানাং স্বানামুদকমিচ্ছতাম্।**
**দাতুং সকৃষ্ণা গঙ্গায়াং পুরস্কৃত্য যযুঃ স্ত্রিয়ঃ ॥ ১ ॥**

শব্দার্থ

সূতঃ উবাচ—শ্রীসূতনা হায়রম্মী: অথ—অতুগী তুংদা; তে—মখোয় (পাণ্ডবশিং); সম্পরেতানাম্—শিগ্রবশিংগী; স্বনাম্—মরীমতাশিংগী: উদকম্—ঈশীং; ইচ্ছতাম্—পাম্বশিংগী; দাতুম্—পীননবা; সকৃষ্ণাঃ—কৃষ্ণাগা (দ্রৌপদীগা) লোয়নননা; গঙ্গায়াম্—গঙ্গাদা; পুরস্কৃত্য—মাঙদা থাহল্লগা; যযুঃ—চৎখি; স্ত্রিয়ঃ—নুপীশিংবু।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সূত গোস্বামীনা হায়রম্মী—অতুগী তুংদা পাণ্ডবশিংনা, ঈশীং পাম্বা শিগ্রবা মরীমতাশিংগীদমক তর্পণ তৌনবা হায়রুনা, দ্রৌপদীগা লোয়নননা নুপীশিংবু মাঙদা থাহল্লগা গঙ্গা তোর্বানদা লেঙখিরম্মী।

নৈনরোল

কনাগুম্বা হিন্দু ইমুংদা মী শিরবদি গঙ্গা তোর্বান্দা নক্রগা অতোপ্পা তুরেন্দা চৎতুনা স্নান তৌবসি হৌজিক ফাওবা চংনবা রুহীনি। শিবা য়াওবা ইমুংতুগী মীপুম খুদিংমক্না পুল অমদগী শিগ্রবা প্রেতাত্মাতুগীদমক গঙ্গাজল হৈথৈ; নুপীশিংবু মাঙদা থাহল্লি। ঙসিদগী চহী লীশিং মঙাগী মমাঙদসু পাণ্ডবশিংনা নিয়মশিংসি ইল্লম্মী। ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণসু পাণ্ডবশিংগী মচীনমনাও থোকপনিনা পাণ্ডব পরিবার মরক্তা য়াওরম্মী।

শ্লোক ২

**তে নিনীয়োদকং সর্ব্বে বিলপ্য চ ভৃশং পুনঃ।**
**আপ্লুতা হরিপাদাব্জরজঃপূতসরিজ্জলে ॥ ২ ॥**

শব্দার্থ

তে—মখোয়না; নিনীয়—কৎলগা; উদকম্—ঈশীং; সর্ব্বে—লোইনমক; বিলপ্য—তেংথাতুনা; চ—অমসুং; ভৃশং—য়াম্না; পুনঃ—অমুক হন্না; আপ্লুতা—ইরুজরম্মী; হরিপাদাব্জ—শ্রীহরিগী খুয়া থম্বাল; রজঃ—উৎফুল; পূত—শেংদোক্লবা; সরিৎ-জলে—তুরেলগী লাইজদা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মখোয় লোয়নমক্না ঈশ্নীং কৎলগা য়াম্না ত্নেংথারবা মতুংদা শ্রীহরিগী খুয়া-থম্বানগী উৎফূননা শেংদোক্লবা গঙ্গা তুরেনগী লাইজদা অমূক হন্না স্নান তৌখি।

শ্লোক ৩

**তত্রাসীনং কুরুপতিং ধৃতরাষ্ট্রং সহানুজম্ ।**
**গান্ধারীং পুত্রশোকার্ত্তাং পৃথাং কৃষ্ণাঞ্চ মাধবঃ ॥ ৩ ॥**

শব্দার্থ

তত্র—মফমদুদা; আসীনম্—ফম্লিবা; কুরুপতিম্—যুধিষ্ঠির; ধৃতরাষ্ট্রম্—ধৃতরাষ্ট্র; সহ-অনুজম—মনাওনুপাশিংগা লোয়নবা; গান্ধারীম্—গান্ধারী; পুত্রশোকার্ত্তাম্—মচাগীদমক বাহুনা কপ্লবা; পৃথাম—কুন্তী; কৃষ্ণাম্—দ্রৌপদী; চ অমসুং; মাধবঃ—শ্রীকৃষ্ণনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মফমদুদা কুরুশাগেগী নিংথৌ, মহারাজ যুধিষ্ঠিরদো মনাওনুপাশিংগা অমসুং ধৃতরাষ্ট্র, গান্ধারী, কুন্তী অমসুং দ্রৌপদীগা লোয়ননা থবাই শোক্লা নুংঙাইরমদবমখৈ ফম্লম্মী। মদুদা ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণসু য়াওরম্মী।

নৈনরোল

কুরুক্ষেত্রগী লান্দু ইমুঙ মনুঙ মশেল শোক্লরম্বনি। মরমদুনা থবাই শোক্লম্বা মীতাসু মহারাজ যুধিষ্ঠিরগা মনাওনুপাশিংগা, কুন্তী, দ্রৌপদী, সুভদ্রা, ধৃতরাষ্ট্র, গান্ধারী অদুগা মাগী মমৌ ময়াম্মচিংবা ইমুঙ মনুঙগী মী ওাক্তনি। মরুওইবা শিখিবা মীতাশিংদো মওং অমা নৎত্রগা অমদা অমগা অমগা মরী থোক্লবা ওাক্তি, মরমদুনা ইমুঙ মনুঙগী বাবদো পুল্লপ পুন্না বামিন্নরম্মী। শ্রীকৃষ্ণসু বারিব-শিংদুগী মনুঙদা য়াওরম্মী, মরমদি মনে কুন্তীগী য়েংলুবগা মহাক পাণ্ডবশিংগা মচিনমনাও থোক্লম্মী অদুগা কুন্তীগী ময়ানুপা থোকপদা নত্তনা সুভদ্রাগীসু মবুঙনি। মরমদুনা শ্রীভগবান্‌না মখোয় পুম্নমকীদমক চপ মান্ননা বারম্মী, মরমদুনা মহাক্না মতীকচাবা মওংদা থেমজল্লম্মী।

শ্লোক ৪

**সান্ত্বয়ামাস মুনিভির্হতবন্ধূন্ শুচার্পিতান্।**
**ভূতেষু কালস্য গতিং দর্শয়ন্নপ্রতিক্রিয়াম্ ॥ ৪ ॥**

শব্দার্থ

সান্ত্বয়ামাস—থেমজল্লম্মী; মুনিভিঃ—মুনিশিংগা লোয়ননা; হতবন্ধূন্—মরী-মতা শিপ্রবা মীশিংবু; শুচার্পিতান্—থবাই শোক্লা বারম্বা; ভূতেষু—জীবশিংদা; কালস্য—মতমগী; গতিম্—থোঙচৎ; দর্শয়ন্—উৎলম্মা; ন—নৈতে; প্রতিক্রিয়াম্—প্রতিকার (কোক্লবা পাম্বৈ)।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মরী মতা শিখিবনা মথবাই বারম্বা মখোয়শিংদুদা শ্রীকৃষ্ণনা মুনিশিংগা লোয়ননা থবাই পানব-শিংগী মফমদা চৎলিবা মতমগী থোঙচৎ থিংননবা পাম্বৈ নৈতে হায়বদু উৎতুনা মখোয়বু থেমজল্লম্মী।

নৈনরোল

পরমেশ্বর ভগবান্গী য়াথং মতুং ইল্লিবা প্রকৃতিগী থিংবা য়াদবা নিয়মশিংবু জীবনা হোংদোকপা ওমদে। জীবশিংদি শক্তি পুন্নমক্কী মপু শ্রীভগবান্গী মখা পুরা পোনবনি। শ্রীভগবান্না নিয়ম-বিধিশিংসে শেম্মী, অদুগা নিয়মবিধিশিংসে 'ধর্ম্ম' হায়না কৌই। কনাগুম্বা মী অমতনা ধর্ম্মসূত্র লেংবা ওমদে। অশেঙবা ধর্ম্মদি ভগবান্গী য়াথং ইনগদবনি। শ্রীভগবান্গী ময়াথংশিংদু শ্রীমদ্ভগবদগীতাদা ময়েক লানা লাউথোক্লে। মী খুদিংমক ভগবান্ মহাক্কগী তুং ইনগদবনি, মদুতদা দেহ অমসুং আত্মাগী মরমদা মুংঙাইবা ফংগনি। প্রাকৃত জগৎতা লৈরিবা মতমগী মখৈ ঐখোয়গী ইথৌদি শ্রীভগবান্গী ময়াথং ইন্দুনা চৎপনি। অদুগা ভগবান্গী কৃপানা মায়িক জগৎতগী অরান-খুভম ফংলগদি, অদুগী মতুংদা মুক্ত-অবস্থাদা ঐখোয়না চিন্ময় প্রেম সেবা তৌবা ঙমগনি। দিব্য চক্ষু (উল্লাগী নত্তবা মীৎ) পান্দবা মরম্না ঐখোয়না প্রাকৃত অবস্থাসিদা ঐখোয়গী আত্মাবুসু শ্রীভগবান্বুসু উবা ফংদে। অদুবু মায়ালাংদগী লাপ্থোক্লবা মতমদা ঐখোয়গী হৌরককমগী চিন্ময় স্বরূপ-তা লৈরবা মতমদা ঐখোয়না ঐখোয়গী আত্মাশিংগসু অদুগা ভগবান্গসু উবা ফংগনি। মায়াগী পুন্সিসি থাদোক্লুনা হান্নগী চিন্ময় স্বরূপকী অবস্থাদা হনজনববু অরান খুভম (মুক্তি) কৌই। মরমসিনা মীওইবগী পুন্সিসি চিন্ময় মুক্তি ফংবগী মতীক চাবা ওইননবগীদমক থোইদোক্লা লেপপ্রবা মতাঙনি। লাইবক থীবা মরম্না, মায়াগী লাংদা থুখিবনা ঐখোয়না চহী খরদগী ওইবা পুন্সি মতেক অসিবু নিত্য ওইবা পুন্সিনি হায়না খল্লি; মতৌ অসুম খনবনা মায়ানা পুথোরকপা ওইদবা পোত্তাশিং হায়বদি ইরৈবাক (দেশ), য়ুম, ইখোল, ইচা ইশুশিং, তালোই, সমাজ, লম্ম্যমচিংবগী মপু ওইদুনা লৈরগা মায়ানা শুম্বদা য়ারি। ঐখোয়গীসু নত্তনা অওইশাবা লম্যমশিংসে ঙাকশেন্নবা হায়দুনা ঐখোয় মশেল মায়াগী অপাম্বনা নমহৎপনা অমগা অমগা লাপ্নেংনরি। আত্মাগী জ্ঞান ফংনবা নৈনরগদি মায়াগী ওইবা পোৎলমশিংগা ঐখোয়না মরী করিমতা লৈনদে হায়বদু ঐখোয় খঙগনি। অদু ওইরবদি খুদক্তা মায়াগী পোৎ হকচিন্না পাম্বা (আসক্তি) অসিদগী লাপ্থোকপা ঙমগনি। মায়াগী পুন্সিবু পুন্সি অশেঙবনি হায়না খল্লম্বদু হেক কোক্লকপা অসি ভগবান্গী ভক্তশিংগা সঙ্গ তৌরবদদা ওইগদবনি; মরমদি ভক্তশিংদি মায়াদা ককওাউনরবা মীগী থম্মোয় লকাম্নুং য়োনা চিন্ময় শব্দ (খোঞ্জেল) চঙহনবা ঙম্মী অদুগা মায়ানা কৃপতুনা তেংথা-নাওইরবা জীববু তশেংনা মুক্ত ওইহল্লী। প্রকৃতিগী চেৎলবা নিয়মবিধিগী ফলশিংদগী ৱারবা মীতাশিংবু থেমজল্লবা পান্থেশিংগী শম্পৎপা ৱারোল হায়বদুনি অসিদা হায়রিংসি। প্রকৃতিগী নিয়মগী ফলশিংদি পোকপা, শিবা, হমুরকপা অমসুং অনা-অয়েক হায়বসিনি; সংসারদা লৈবা মতমদা মখোয়সিবু কোক্লবগী পান্থে লৈত্রবনি। কুরুবংশগী লানগী ফল ওইনা অবা-নংহৌরবা মীশিংনা মরীমতা শিথিবগী ৱাকমসিদা গতি লৈত্রদুনা তেংথানরম্মী অদুগা ভগবান্না তত্ত্বজ্ঞান তাকুনা থেমজল্লম্মী।

শ্লোক ৫

**সাধয়িত্বাজাতশত্রোঃ স্বং রাজ্যং কিতবৈর্হৃতম্।**
**ঘাতয়িত্বাসতো রাজ্ঞঃ কচস্পর্শক্ষতায়ুষঃ ॥ ৫ ॥**

শব্দার্থ

সাধয়িত্বা—পাওথোকুনা; অজাতশত্রোঃ—য়েক্লবা-লৈতবা; স্বম্ রাজ্যম্—মশাগী রাজ্য; কিতবৈঃ—লৌনম-হৈবশিংনা (দুর্য্যোধনগী কাওবুনা); হৃতম্—মুন্দুনা লৌপ্রবা; ঘাতয়িত্বা—হাৎতোক্লগা; অসতঃ

—ক্ষত্তবা; রাজ্ঞঃ—নিংথৌশিংবু; কচ—শম্লাং-খুবাম; স্পর্শ—শোকপা হায়বদি কোয়বা; ক্ষত—হুম্ব্রবা; আয়ুষঃ—পুন্সী ওইরিবা মখোয়; (কচস্পর্শক্ষত-আয়ুষঃ—দ্রৌপদীগী মশম কোয়রুবদগী পুন্সী ককশল্লবা।)

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

লৌনম-হৈবা দুর্য্যোধনগা মাগী কাওবুগনা য়েক্লবা লৈজদবা যুধিষ্ঠিরগী রাজ্যবু মুন্দুনা লৌখি। ভগবান্গী কৃপাদগী রাজ্য অদু অমুক হঙ্গল্লে অদুগা মহাক্না দুর্য্যোধনগী মীচঙ মীক্তশিং অদুবু হাত্তোক্লম্মী। অতৈসু শিখিরম্মী, মখোয়গী মপুন্সিদো রাণী দ্রৌপদীগী মশম কোয়রুবগী ফল ওইনা ময়েং তাখিরম্মী। ✓

নৈনরোল

মতম- করিঙৈদা হায়বদি কলিযুগ লাক্লিঙৈদা শল, ব্রাহ্মণ, মুপী অমসুং অঙাঙশিংবু চপ চানা নীঙথিনা ঙাক-শেল্লম্মী।

১ | ব্রাহ্মণবু ঙাকশেনবনা পারমার্থিক জীবন যংনবগীদমক্তা খ্বাইদগী বৈজ্ঞানিক ওইবা কৃষ্টি বর্ণাশ্রম ধর্ম্মবু ঙাক্লুনা থম্বনি।

২ | শল-শাবু ঙাকপা হায়বসিনা খ্বাইদগী ঙরুঙাই ওইনা ফরবা চীঙ্গাক্কী মওং অমবু ঙাক-শেনবনি। ঙরুঙাই ওইবা চীঙ্গাক্তি শঙ্গোম্নি, মরমদি পুন্সিগী অরাংবা পান্দম (লক্ষ্য) কবিনো হায়বদু খঙননবা লৈরিবা খোপ-কী মপাঙ্গল হেঙ্গৎনবগীদমক ফরবা চীঙ্গাক্নি শঙ্গোমদি।

৩ | মুপীবু ঙাকশেনবা হায়বসিনা সমাজগী পবিত্রতা (অন্ন-অহেন) ঙাকপনি; সমাজনা পবিত্র ওইরবদি পুন্সিগী শান্তি অমদি উন্নতি (চাওখৎপা) হায়বদু পুরকপা ঙমগদবা মীয়োন কাঙবু অমা ঐখোয়না কংবা ঙমগনি।

৪ | অঙাংশিংবু ঙাকশেনবা হায়বসিনা মীওইবগী পুন্সিদা মায়া-লাংদগী লাম্থোক-লম্বী অমা শেম্নবগী খ্বাইদগী হেনবা তাঙ্গা অমা পীগনি। অঙাঙবু ঙাকশেনবা হায়বসি গর্ভধান হায়বা সংস্কার তৌদুনা মক্ক হুনবা অদুদগী তৌবা হৌবনি। গর্ভধান সংস্কার হায়বসি শেংলবা (পবিত্র) পুন্সি হৌরবনি।

৫ | অহনশিংবু ঙাকশেনবা হায়বসিনা অহনশিংনা শিন্নবা মতুঙদা হন্দক্তগী হেন্না ফবা পুন্সিগীদমক শেম-শানবা তঙ্গা'মা অহনশিংদুদা পীবিয়ে।

মপুঙফাবা পুন্সি মীংয়েং অসি চুই-হৌদোং ওইনা লেল্লগা কে-মৌনদি লেল্লিবা পুন্সিদু তোক্লুনা মহৈ য়ানবা পুন্সি হায়বদু লেন্নবা মচাকশিংনা যুক্ষম ওইরগা থোরকপনি। মথক্তা পনখিবা জীব-শিংসিসু হাংপদি শাস্ত্রনা পুঙথীঙ থীঙলবনি মরমদি মখোয়বু ইকায়বা পীবতদা পীরুবা মীদুগী পুন্সি ময়েং খঙতা তারিবনি। কলিযুগ অসিদদি মখোয়বু নীঙথিজনা ঙাক-শেন্দ্রে, মরমদুনা হৌজিক কালগী মীয়োলশিংগী পুন্সিসে য়াম্না তেনশল্লক্রবনি। শ্রীমদ্ভগবদগীতাদা হায়রি মতীক চানা ঙাক-শেনবীদবা মরম্মা মুপীশিং অয়াম্বা অসতী ওইরে অদুনা মতমসিদা বর্ণসঙ্কর কৌবা পাম্নদবা অঙাঙ কয়া পোক্লে। সতী ওইবী মুপী অমদা ঈকাইবা পীবা হায়বসে পুন্সিদা অকায়বা থোকহনবনি।

দুর্য্যোধনগী মনাওমুপা দুঃশাসন হায়বদুনা কীদম্নাই ওইবী সতী-সাধ্বী দ্রৌপদীবু ঈকাইবা পীখি, মরমদুনা কৃষ্ণবশিংনা মতম চাদনা শিখিবনি। হায়রিবশিংসি ভগবান্না শেম্না মথক্তা পনখিবা নিয়ম বিধি মরক্তা য়াওবা থম্মনি।

শ্লোক ৬

**যাজয়িত্বাশ্বমেধৈস্তং ত্রিভিরুত্তমকল্পকৈঃ।**
**তদ্‌যশঃ পাবনং দিক্ষু শতমন্যোরিবাতনোৎ ॥ ৬ ॥**

শব্দার্থ

যাজয়িত্বা- তৌহনা; অশ্বমেধৈঃ—শগোল হাংপা যজ্ঞ, তম্—মহাকপু (যুধিষ্ঠির রাজাবু), ত্রিভিঃ—অহুম, উত্তমকল্পকৈঃ—খ্বাইদগী থোইবা থৌরাংনা, তৎ—মহু; যশঃ—মিংচৎ; পাবনম্—পবিত্র ওইবা; দিক্ষু—মায়কৈ পুম্বদা; শতমন্যোঃ—যজ্ঞ চামা তৌরবা ইন্দ্র; ইব—গুম্না, অতনোৎ—শন্দোক্লম্মী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনা যুধিষ্ঠির মহারাজবু নীঙথিনা থৌরাংলবা অশ্বমেধ যজ্ঞ অহুমথক পাঙথোকহনখি। মতৌ অসুম্না যুধিষ্ঠিরগী মিংচৎপু যজ্ঞ-চামা-তৌবা ইন্দ্রগুম্না মায়কৈ পুম্বদা শন্দোকহনখি।

নৈনরোল

মহারাজ যুধিষ্ঠিরনা অশ্বমেধ যজ্ঞ তৌখিবগী বাহৌদোকুম্বনি মসি। মহারাজ যুধিষ্ঠিরবু স্বর্গগী নিংথৌগা চাঙদম্নবসিগী মরম অমা লৈ। লন লৈবগী হায়রুরগদি মহারাজ যুধিষ্ঠিরদগী স্বর্গগী নিংথৌনা শক্রক লীশীঙ লক্ষা হেন্না চাউম্লিবনি। অদুবু মহারাজ যুধিষ্ঠিরগী মিংচৎতি ইন্দ্রগী মিংচৎতগী হেন্নরমদে। মবমদি মহারাজ যুধিষ্ঠিরদি ভগবান্‌গী ভক্তনি, অদুনা ভগবান্‌গী কৃপাদগী মহাক্না যজ্ঞ অহুমলক তৌরবসু অদুগা ইন্দ্রনা যজ্ঞ চামা তৌরবসু মহাকপু ইন্দ্রগা মান্নবা চাংদা লৈহনখি। মসি ভগবৎ ভক্তনা ফংবা থোইদোকপা শক্তিনি। ভগবান্‌দি মীপুম খুদিংগী চপ মান্নরা চংলি, অদুবু ভগবৎ-ভক্তগী মিংচৎনা হেলহল্লী মরমদি মহাক্তি পুমচাউ-চাউবা অদুগা শমন্নহনা লৈ। মুমীৎ মঙানসে চপ মান্নরা য়েনবী অদুবু মফম খরদি মতম পুম্বদা মমহুনা ঙাক লৈ। মসি ওইরিবসে মুমীৎনা তৌবা নত্তে, মফমগী লোইশনঙম্বা শক্তিগী ৱানি। মতৌ অদুগুম্না, ভগবান্‌গী ভক্ত পুঙওই ওইবা ঙম্নবা মীহুনা ভগবান্‌গী কৃপাসু মপুঙ ফানা ফংঙী; তৌরদি ভগবান্‌গী কৃপাদি মতম পুম্বদা চপ মান্নরা যেম্বোক্লিবনি।

শ্লোক ৭

**আমন্ত্র্য পাণ্ডুপুত্রাংশ্চ শৈনেয়োদ্ধবসংযুতঃ।**
**দ্বৈপায়নাদিভির্বিপ্রৈঃ পূজিতৈঃ প্রতিপূজিতঃ ॥ ৭ ॥**

শব্দার্থ

আমন্ত্র্য—বার্তোন তৌহনা, পাণ্ডুপুত্রান্—পাণ্ডুগী মচানুপাশিংবু; চ—সু; শৈনেয়—সাত্যকী; উদ্ধব—উদ্ধব; সংযুতঃ—লোয়নরবা; দ্বৈপায়ন-অদিভিঃ—কৃষ্ণদ্বৈপায়ন বেদব্যাসনচিংবনা, বিপ্রৈঃ—ব্রাহ্মণশিংনা, পূজিতৈঃ—পূজা তৌনরবঃ; প্রতিপূজিতঃ—(ভগবান্না) অমুক পূজা তৌখি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতমদুদা ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণ শিনিগী মচানুপা সাত্যকী অমসুং উদ্ধবকা লোয়ননা দ্বারকারোম পাংগদবগী শেমশারম্মী। শ্রীলব্যাসদেবনা লুচিংলবা ব্রাহ্মণশিংনা পূজা তৌরবা মতুংদা শ্রীকৃষ্ণনা পাণ্ডুগী মচানুপাশিংবু বার্তোন তৌরম্মী ভগবান্নসু ব্রাহ্মণশিংবু পূজা তৌরম্মী।

### নৈনরোল

মপাম্বোংদদি ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণ ক্ষত্রিয়নি, অদুনা ব্রাহ্মণশিংনা পূজা তৌবা য়াবা নংলমদে। অদুবু মফমদুদা লৈরম্বা শ্রীলব্যাসদেবনচিংবা ব্রাহ্মণশিং পুম্নমক্না মহাকপু পরমেশ্বর ভগবান্নি হায়বা খঙলম্মী, মরমদুনা মখোয়না মহাকপু পূজা তৌরম্মী। ক্ষত্রিয় অমনা ব্রাহ্মণশিংগী য়াথং ইন্‌গদবনি হায়বা সমাজগী নিয়ম ঙাক্লনবগীদমক ভগবান্নস্ু হন্না ব্রাহ্মণশিংবু পূজা তৌরম্মী। হৌন-খঙবা মায়কৈ পুম্নমক্কী মীশিংনা শ্রীকৃষ্ণবু ভগবান্দা তৌকম থোকপা সম্মান মতম পুম্বদা তৌরম্নবস্ু ভগবান্স্ু বর্ণাশ্রম মরিগী চংনবী সমাজ-নিয়ম অদু খক ঙাক্লবা তৌরমদে। তুংদা মী অতৈনা মাগী মতৌ তম্নবা হায়দুনা ভগবান্না সমাজগী কন্থীশিংদু ইন্দুনা চংলম্মী।

### শ্লোক ৮

**গম্ভং কৃতমতির্ব্রহ্মন্ দ্বারকাং রথমাস্থিতঃ।**
**উপলেভেঽভিধাবন্তীমুত্তরাং ভয়বিহ্বলাম্॥ ৮॥**

### শব্দার্থ

গন্তুম্—চংকদবগী; কৃতমতিঃ—পুক্নীংলেপ্লবা; ব্রহ্মন্—হে ব্রাহ্মণ (শৌনক); দ্বারকাম্—দ্বারকা-রোম্দা; রথম্—দোলাই-খক্তা; আস্থিতঃ—লৈরবা (ফম্নম্বা); উপলেভে—উরম্মী; অভিধাবন্তীম—চেল্লক্লম্বী; উত্তরাম্—উত্তরাবু (পরীক্ষিৎকী মমাবু); ভয়-বিহ্বলাম্—কিবনা বিভুলা-চুরবী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

দ্বারকালোমদা লেঙলগে হায়না মহাক্না (শ্রীকৃষ্ণনা) দোলাইদা হেক লেংখৎপগা কিবনা বিভুলা-চুরবী উত্তরানা চেন্‌শন্লকপদু উরম্মী।

### নৈনরোল

পাণ্ডব-পরিবারগী মী পুম্নমকপু শ্রীকৃষ্ণ ভগবান্না ঙাকপী-শেন্‌বীবা নত্তনা মখোয়গী অতৈ কনা অমা লৈরমদে। মরমদুনা ভগবান্না মফম-মতম পুম্বদা মখোয় পুম্ববু ঙাক-শেন্‌বীরম্মী। ভগবান্না মীপুম খুদিংবু ঙাক-শেন্‌বী, অদুদা মঙোন্সুদদা মপুঙফানা নল্লবা মীদুবু থোইদোকপা মওংদা মহাক্না (ভগবান্না) য়েংবী। মপা ওইবা অমনা মঙোন্দদা ঙারিবা মচা পীক্নাওদুদদা হেন্না য়েংশন্‌বী।

### শ্লোক ৯

**উত্তরোবাচ**

**পাহি পাহি মহাযোগিন্ দেবদেব জগৎপতে।**
**নান্যং ত্বদভয়ং পশ্যে যত্র মৃত্যুঃ পরস্পরম্॥ ৯॥**

### শব্দার্থ

উত্তরা উবাচ—উত্তরানা হায়রম্মী; পাহি পাহি—কনবিয়ু, কনবিয়ু; মহাযোগিন্—হে মহাযোগী; দেবদেব—হে দেবশিংগী দেব; জগৎপতে—জগৎকী মপু; ন—নত্তে; অন্যম্—অতোপ্পা অমা; ত্বৎ—

নঙোন্দগী হেনবা; অভয়ম্—অকিবা লৈতবা; পশ্চে—উইং; যত্র—মকমদা; মৃত্যুঃ—শিবা; পরস্পরম্ —তুমা (অন্য) চৎপা জগৎসিদা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

উত্তরানা হায়রম্মী, হে মহাযোগী, দেবশিংগী দেব, জগৎ-মপু! অমনা অম মৃত্যুগী (শিনবগী মরম) ওইবা জগৎসিদা ঐবু অকিবদগী কনবিনবা নহাক নত্তনা কনামতবু উত্রে।

নৈনরোল

প্রাকৃত জগৎসি তুমা চৎপা জগৎনি, অদুনা মসি নিৰ্দ্বন্দ্ব (তুমা চৎতবা) জগৎতগী তোঙান্নি। তুমা-চৎপা জগৎতি জড় পদার্থগা (থরাই-পান্দবা পোৎকা) চিৎবস্তুগা অনী পুল্লগা শাবনি, অদুগা তুমা চৎতবা জগৎতি চিৎ-ভাক্তনি (চিন্ময়নি) মদুদা প্রাকৃত গুণ অমতা চঙদে। তুমাগী জগৎতা মী খুদিংনা জগৎকী মপু ওইনবা অরেম্বদা হোৎনরি, অমরোমদনা হায়বদি চিন্ময় জগৎতনা ভগবান্‌তনা অমতা ভায়বা মপুনি অমসুং অতৈ পুম্নমক্না মহাকীদা ওইবা মনাই ভাক্তনি। তুমাগী জগৎতা মী খুদিংনা অতৈবু কলক-খম্বল্লী অদুগা জড়গা চিৎকা অনী পুল্লা লৈবনিনা শিবা (মৃত্যু) হায়বসে শোযদবনি। ভগবান্দা মশাবু কৎথোকচরবা জীবগী অকিবা কননবা চঙজফম হায়ববু ভগবাস্তনি। ভগবান্‌গী খুয়া থম্বান্দা চঙজবা নত্তনা কনামতনা প্রাকৃত জগৎকী মৃত্যুগী তমথিরবা খুৎতগী মশাবু কপ্তবা ঙম্মোই।

শ্লোক ১০

**অভিদ্রবতি মামীশ শরস্তপ্তায়সো বিভো।**
**কামং দহতু মাং নাথ মা মে গর্ভো নিপাত্যতাম্॥ ১০॥**

শব্দার্থ

অভিদ্রবতি—মায়কৈ তম্লক্লি; মাম্ —ঐঙোন্দা; ঈশ—হে প্রভু; শরঃ—তেঙ্গৈ; তপ্ত—মৈচাক্লবা; আযসঃ—য়োৎ; বিভোঃ—হে প্রভু; কামম্—অপাম্বা; দহতু—চাক্শনু; মাম্—ঐবু; নাথ—হে মপু-ও; মা—নৎতসনু; মে ঐগী; গর্ভঃ—নাওয়োমগী নাও; নিপাত্যতাম্—চাক্তুনা য়ৈথবা, হাত্তোকপা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে পরমেশ্বর, হে বিভো (মকম পুম্নমক শন্না লৈরিবা ইবুংঙো), মৈয়িক্লবা য়োৎকী তেঙ্গৈনা ঐহাকী মায়কৈ তম্না চেনশল্লক্লি। হে নাথ (কনবিহৈবা মপু), পাম্লগা ঐবু মানা চাকথেকসনু, অদুগা ঐগী গর্ভ-সি চাক্তুনা য়ৈথবদি তৌহনবিগনু।

নৈনরোল

থৌদোকসি উত্তরাগী মপুরোইবা অভিমন্যুগী শিরবা মতুঙদা থোকখিবনি। অভিমন্যুগী লুপী লুপ্রাবী উত্তরানা মপুরোইবগা লোয়ননা শিমিন্নরমগদবনি, অদুদা মহাক মীরোল্লয়ে অদুগা ভগবান্‌গী মহান্ ভক্ত মহারাজ পরীক্ষিৎ অদু মাগী গর্ভদা লৈরম্লে, মরমদুনা পরীক্ষিৎপু কনবদি উত্তরাগী দায়িত্বনি। অঙাংবু কনবা হায়বসি মমা ওইবিশিংগীদি অচৌবা দায়িত্ব অমনি। মরমদুনা ভগবান্ কৃষ্ণগী মকমদা রাকমসি জ্রদি শেংনা হায়দোকপদা উত্তরাগী ইকায়-ইকি অমতা লৈরমদ্রে। উত্তরা

অচৌবা নিংথৌ অমগী মচাবেম্মনি, চাওরবা অথৌবা অমগী তালোইনি অদুগা অচৌবা ভক্ত অমগী শিষ্যনি অদুগা মতুংদা অফবা নিংথৌগী মমা ওইখিবনি। য়েংউ-য়েংউবদা মহাক লাইবক ফবী মুজা অমনি।

শ্লোক ১১

**সূত উবাচ**

**উপাধার্য্য বচস্তস্যা ভগবান্ ভক্তবৎসলঃ।**
**অপাণ্ডবমিদং কর্ত্তুং দ্রৌণেরস্ত্রমবুধ্যত॥ ১১॥**

শব্দার্থ

সূতঃ উবাচ—শ্রীসূতনা হায়রম্মী; উপাধার্য্য—মুন্না খল্লগা, বচঃ—বা, তস্যা—মহাক্কী (উত্তরাগী), ভগবান্—ভগবান্; ভক্তবৎসলঃ—ভক্তবু মচাগুম্না নীংবা মহাক্না, অপাণ্ডবম্—পাণ্ডব-মূৎলবা; ইদম—মসি; কর্ত্তুম্—ওইহন্নবা; দ্রৌণেঃ—দ্রৌণীগী (দ্রোণগী মচানুপা অশ্বত্থামাগী); অস্ত্রম্—খুৎলাইদু, অবুধ্যত—খঙলম্মী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ভক্তবু মচাগুম চানবিহৈবা ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনা উত্তরাগী বাহু মুন্না খল্লগা জগৎসিবু পাণ্ডব-মূৎলবা লমদম ওইহল্লগে তৌরিবা দ্রোণগী মচানুপা অশ্বত্থামাগী খুৎলাইদুগী মশক খঙলম্মী।

নৈনরোল

ভগবান্দি মীচঙ-মীখাই শূক্লাই নাইদবনি, অদুবু মাগী ভক্তশিংগী মায়কৈদদি পুক্নীং চঙভী, মরমদি মী খুদিংগী য়াইফনবগীদমক্তদি মদু তৌদবা য়াদবনি। পাণ্ডব পরিবারদি ভক্তগী পবিবাবনি মরমদুনা পৃথিবীগী শাসনসে ভগবান্না মথোয়বু তৌহন্নীংলম্মী। মরমদুননি মহাক্না দুর্য্যোধনখোযগী শাসন মূৎথৎলগা মহাবাজ যুধিষ্ঠিরবু শাসন পায়হল্লিবা। মরমদুনা মহাক্না গর্ভদুংদা লৈরম্বা মহারাজ পরীক্ষিৎপু কন্নীংলম্বনি। ফিদম্নভাই ওইবা ভক্ত পাণ্ডবশিং য়াওদবা জগৎ ওইবা হায়বদু মহাক্না পাম্নদে।

শ্লোক ১২

**তর্হ্যেবাথ মুনিশ্রেষ্ঠ পাণ্ডবাঃ পঞ্চসায়কান্।**
**আত্মনোঽভিমুখান্ দীপ্তানালক্ষ্যাস্ত্রাণ্যুপাদদুঃ॥ ১২॥**

শব্দার্থ

তর্হি—মতমদুদা, এব—সু; অথ—মতুংদা, মুনিশ্রেষ্ঠ—হে মুনিলক্তা অথোইবা; পাণ্ডবাঃ—পাণ্ডব-শিংনা, পঞ্চ—মঙা; সায়কান্—খুৎলাই; আত্মনঃ—মশামকশিংগী; অভিমুখান্—মায়কৈ তম্লক্লিবা, দীপ্তা-নাল—পুঙান ঙানবা মৈ; আলক্ষ্য—উবদুনা; অস্ত্রাণি—খুৎলাই; উপাদদুঃ—পায়খৎনরম্মী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে মুনিলক্তা অথোইবা ওইরিবা! মদুগী তুংদা মতম অদুমক্তদা মৈগী তেঞ্জে মঙা (ব্রহ্মাস্ত্র) মথোয়গী মায়কৈ তম্না লাক্লম্বদু উবদা পাণ্ডবশিংনা মথোয় মথোয়গী খুৎলাই পায়খৎলম্মী।

নৈনরোল

ব্রহ্মাস্ত্রদি আণবিক অস্ত্রদগী (nuclear weapons) হেন্না কৃপ্নী। অশ্বত্থামানা ব্রহ্মাস্ত্র কাপ্লম্বদি যুধিষ্ঠিরনচিংবা পাণ্ডব মচিম্নাও মঙাগা উত্তরাগী গর্ভদা লৈরিবা, অমত্তা ভায়জরবা মশুবুংডোগা

হাৎননবগীদমক্তনি। মরমতুনা, আণবিক বোমাদগী হেন্না ওম্বা অতুগা কৃপা ব্রহ্মাস্ত্রদি আণবিক বোমাগুম্না মমীৎ-তাওবা খুৎলাই নত্তে। আণবিক বোম্না পোকখায়রবদি পান্দম নৎপা নৎতবা খায়দে। মরুওইনা আণবিক বোমাদি লাঞ্জদবা মীশিংবু মাওতাকহন্নী, মরমদি কনা শোকনি শোক্লোই হায়বতু শেন্নবা ওমদে। ব্রহ্মাস্ত্রদি অতুগুম্বা নত্তে। মাদি মাগী পান্দমতু খন্দোকপা ওম্মী অমস্তুং পান্দম-নত্তবা লাঞ্জদবশিংদা শোক্লুবা লৈতনা চৎথে।

## শ্লোক ১৩

**ব্যসনং বীক্ষ্য তত্তেষামনন্যবিষয়াত্মনাম্।**
**সুদর্শনেন স্বাস্ত্রেণ স্বানাং রক্ষাং ব্যধাদ্বিভুঃ॥ ১৩॥**

### শব্দার্থ

ব্যসনম্—খুদোংথীবা; বীক্ষ্য – উরতুনা; তৎ– মতু; তেষাম্—মখোয়গী; অনন্য – অতোপ্পা নত্তবা; বিষয়—মরম; আত্মনাম্—খন্নবা; (অনন্য-বিষয়-আত্মনাম্– কৃষ্ণ নত্তনা অতোপ্পা বিষয় অমা খন্নবা); সুদর্শনেন—সুদর্শন কৌবা চক্রনা (কাওখোওনা); স্ব-অস্ত্রেণ—মশামক্কী খুৎলাইনা; স্বানাম্—মাগী ওইবা মীশিংবু; রক্ষাং ব্যধাৎ—কন্‌খি, বিভুঃ—সর্ব্বব্যাপী শ্রীকৃষ্ণনা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

পরমেশ্বর ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনা মঙোন্দা থরাই লুপপ্রবা মখোয়শিংতুগী খুদোংথীবতু উরতুনা খুদক্তা মশামক্কী খুৎলাই সুদর্শন চক্রনা মাগী ওইবা মীশিংতুবু কন্‌খি।

### নৈনরোল

অশ্বত্থামানা কাপ্পকপা ব্রহ্মাস্ত্র হায়বা মাপা-লৈত্রবা খুৎলাইতু আণবিক বোমাগা হায়ক্কেৎ মান্নরবস্তু, মৈশা-মৈঙালদি আণবিক বোমাগীদগী হেন্‌বনি। ব্রহ্মাস্ত্র হায়বসি হেন্না কৃপা বিজ্ঞান অমনা পুথোরকপা পোৎনি; মসি হেন্না কৃপা খোন্‌গী বেদমন্ত্র অমনা পুথোরকপনি। খুৎলাইসিগী খুদোংচাবা অমদি মসে আণবিক বোমাগুম্না মীৎ তাওদে, মরমদি মাগী পান্দম অতুগী মায়কৈদদা মাবু চৎহন্‌বা য়াই অতুনা অতৈ মায়কৈদা চৎহন্দবা য়াই। অশ্বত্থামানা পাণ্ডু শাগৈগী পিবামথৈবু লোইশনগে হায়তুনা ব্রহ্মাস্ত্রতু কাপ্পকপনি; মরমতুনা অমবোমদা হায়রগা খুৎলাইদো আণবিক বোমাদগী শাথীবা হেন্নী, মবমদি খ্বাইদগী হেন্না ওাক্লবা মকমতু ফাওদোক্লগা চঙবা ওম্মী, অতুনা মাগী পান্দমু পান্‌বদি শোয়বা লৈতে। মসি পুম্বা খঙলতুনা পরমেশ্বর ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনা মাবু নত্তনা অতৈমবু খঙত্রবা মাগী ভক্তশিংবু কন্নবা হায়তুনা মশামক্কী খুৎলাই পায়খৎলম্মী। মহাক্কী ভক্তশিংদি মাঙবা লৈতে হায়বসি শ্রীকৃষ্ণনা বাশকপগী বাতু শ্রীমদ্ভগবদ্গীতাদা য়াওরি। মহাক্তি মাগী ভক্ত-ভক্তহুনা তৌবা ভক্তিগী চাংদা অমদি মতৌ মতুঙ ইন্না মচৎলী। মকমসিদা 'অনন্যবিষয়াত্মনাম্' হায়বা বাহৈ খন্নলঙাইনি। পাণ্ডবশিংদি মহারথী ওইন-ওইনমক শ্রীকৃষ্ণদা মপুঙ-ফানা ঙাবা মীতানি। ভগবান্‌দি থোইর-থোইরবা মহ্বারথীশিংবু থোশাবিদে অতুগা মখোয়বু থুরেমথৈ মান্নথীবস্তু পীথোকয়ি। অশ্বত্থামাগী ব্রহ্মাস্ত্রতু কক্লনবগী মতম পাণ্ডবশিংগী লৈত্রে হায়বা উরবদা ভগবান্না মাগী খুৎলাই পায়রোই হায়বা বাশক অতু কায়গে কায়শস্তু হায়তুনা মশামক্কী খুৎলাই সুদর্শন পায়খৎখি। কুরুক্ষেত্রগী লাল অতু লোইরবগ্গুমবনি হায়রবস্তু, মাগী ব্রত মতুঙ ইন্না মাগী খুৎলাই পায়কম থোক্তবনি। অতুবু

খুদোংথীবত্নুনা মাগী রাশক অত্নুদগী হেন্না-লুই। মহাক্তি 'ভক্তবৎসল'—ভক্তবু মচাগুম নীঙবা—হায়রুম থোইনা হেন্না খঙনরিবা অমনি। মরমত্নুনা তাইবং-মীগী নীতিধর্ম্ম-ঙাকপা অমা ওইত্নুনা রাশক ঙাকপগী শক্তকপুদি ভক্তবৎসল ওইত্নুনা অত্নুম লৈবনা হেন্না পান্নম্মী।

শ্লোক ১৪

**অন্তঃস্থঃ সর্ব্বভূতানামাত্মা যোগেশ্বরো হরিঃ।**
**স্বমায়য়াবৃণোদ্গর্ভং বৈরাট্যাঃ কুরুতন্তবে॥ ১৪॥**

শব্দার্থ

অন্তঃস্থঃ—মনুঙদা লৈবা; সর্ব্বভূতানাম্—জীব পুম্নমক্কী; আত্মা—আত্মা; যোগ-ঈশ্বরঃ—যোগগী মপু; হরি—পরমেশ্বর; স্ব-মায়য়া—মশামক্কী মায়ানা (শক্তিনা); আবৃণোৎ—কুপ্লম্মী; গর্ভম্—গর্ভবু, বৈরাট্যাঃ—বিরাট নিংথৌগী মচানুপী বৈরাটী হায়বদি উত্তরাগী, কুরু-তন্তবে—কুরু-নিংথৌগী থাবা ঙাক্লবগীদমক।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

জীব পুম্নমক্কী মনুঙদা লৈবা (অন্তর্য্যামী) পরমাত্মা যোগেশ্বর শ্রীহরিনা কুরুশাগৈদা পোকপা পাণ্ডবশিংগী বংশ ঙাক্লবগীদমক বিরাট-নিংথৌ মমোয়ুোই উত্তরাগী পীবৃক্লুংদা চঙত্নুনা মাগী যোগমায়াগী মতেঙনা গর্ভবু কুপ্লগা লৈখি।

নৈনবোল

যোগেশ্বর শ্রীহরিদি মতম অমতদা মী খুদিংমক্কী থম্মোই-লকান্নুংদা অত্নুগা অণু-পরমাণুশিংগী মনুঙদসু মহাক্কী অংশ-বিলাস পরমাত্মা ওইনা লৈবা ঙম্মী। মরমত্নুনা, উত্তরাগী পীবৃক্লুংদা চঙলগা মহারাজ পরীক্ষিৎপু কন্নবা অত্নুগা পাণ্ডুনিংথৌগী থোরকফম ওইবা মহারাজ কুরুগী বংশ মাঙদনবগী-দমক গর্ভবু কুপশন্দুনা লৈরম্মী। ধৃতরাষ্ট্রগী মচাশিংনে অত্নুগা পাণ্ডুগী মচাশিংনে মথোয় লোইনমক মহারাজ কুরুগী বংশদা পোকপনি মরমত্নুনা অনীমকপু কুরু হায়না খ্বাইনা খঙনৈ। ইমুং অনীসিনা থৎন-রক্লবা মতমদা ধৃতরাষ্ট্রগী মচাশিংবুনা কুরু হায়না অত্নুগা পাণ্ডুগী মচাশিংবুনা পাণ্ডব হায়না খঙনখি। ধৃতরাষ্ট্রগী মচানুপাশিং অমসুং মশূনুপাশিং পুম্নমক কুরুক্ষেত্রগী লান্দা শিখরবনিনা বংশত্নুগী ইকোন-কোন্না পোকপা মচানুপাবু কুরুশিংগী মচানুপানি হায়রিবনি।

শ্লোক ১৫

**যদ্যপ্যস্ত্রং ব্রহ্মশিরস্ত্বমোঘং চাপ্রতিক্রিয়ম্।**
**বৈষ্ণবং তেজ আসাদ্য সমশাম্যদ্ভৃগূদ্বহ॥ ১৫॥**

শব্দার্থ

যদ্যপি—বসু; অস্ত্রম্—খুৎলাই; ব্রহ্মশিরঃ—খ্বাইদগী থোইবা; তু—অত্নুবু; অমোঘম্—লেম্না মাঙ-দ্রবা; চ—অমসুং; অপ্রতিক্রিয়ম্—করুঙাই-লৈত্রবা; বৈষ্ণবম্—বিষ্ণুগী ওইবা; তেজঃ—মঙম; আসাদ্য—থেংনরবদা; সমশাম্যৎ—মহুময়াই চম্খি; ভৃগু-উদ্বহ—হে ভৃগুগী মমায় ওইবা শৌনক।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ব্রহ্মাস্ত্র হায়বছু লেম্না-মাঙত্রবা অমদি করুঙাই-লৈত্রবা খুৎলাই ওইরবসু বিষ্ণু (শ্রীকৃষ্ণগী) তেজগা থেংনবদা মাগী মহু-ময়াই চম্‌খি।

নৈনরোল

ব্রহ্মজ্যোতি হায়বদি প্রাকৃত-নত্তবা অরঙবা মঙাল অদুদি ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণদা লৈ হায়না ভগবদ্‌গীতাদা হায়রি। অমরোমদা হায়রগা ব্রহ্মতেজ কৌবা মঙাল অদু ভগবান্‌গী মঙাল নত্তনা অতৈমা নত্তে, মদুদি মুমীৎ-মঙাম্না সূর্য্যমণ্ডলগী মঙাল ওইবগুম্। মরমদুনা ব্রহ্মাস্ত্রবু প্রাকৃত ওইবা খুৎলাইনা থিংঙমদ্রবসু ভগবান্‌গী তেজবু হেন্‌বদি ঙমদে। অশ্বত্থামানা কাপ্লম্বা ব্রহ্মাস্ত্র হায়বা খুৎলাইদো শ্রীকৃষ্ণনা মাগী তেজনা চমহন্দুনা অরেম্বদা তাহন্‌খি; হায়বদি মহাক অদ্বয়তত্ত্ব (অনীশুদবা পোৎ) হায়বদু ওইবনিনা অতোপ্পা কনা অমগী মতেঙ ঙাইরমদে।

শ্লোক ১৬

**মা মংস্থা হ্যেতদাশ্চর্য্যং সর্ব্বাশ্চর্য্যময়েঽচ্যুতে।**
**য ইদং মায়য়া দেব্যা সৃজত্যবতি হন্ত্যজঃ॥ ১৬॥**

শব্দার্থ

মা—নত্তে; মংস্থা -খল্লু; (মা মংস্থা—খন্‌গনু); হি—লেপ্পমক; এতৎ—মসিপুম্বা; আশ্চর্য্যম্—অঙকপা; সর্ব্ব—পুম্নমক; আশ্চর্য্যময়ে—ঙকুঙাই ওইবা; অচ্যুতে—কেন্দবা; যঃ—কনাগুম্বা অমা; ইদম্—অসি; মায়য়া—মাগী শক্তিনা; দেব্যা—প্রাকৃত-নত্তবা; সৃজতি—পুথোকয়ি (সৃষ্টি তৌয়ি); অবতি—ঙাকশেল্লী; হন্তি—হাৎলী; অজঃ—পোক্তবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে ব্রাহ্মণশিং! পুঙ-ঙক্-ঙকুঙাই ওইবা অমদি সৃকেন-কেন্‌বা-নাইদবা (অচ্যুত) শ্রীহরিগী থবক মরক্তা হন্দক্কীসি থোইদোক্না ঙকুঙাই ওইবনি হায়না খন্‌বিগনু। মহাক মশামক পোক্তবা (অজ) ওইরবসু মহাক্কী দিব্য (প্রাকৃত-নত্তবা) মায়ানা (শক্তিনা) মহাক্না প্রাকৃত জগৎসি পুথোকয়ি, ঙাকশেল্লী অদুগা প্রলয় তৌয়ি।

নৈনরোল

ভগবান্‌গী লীলাদি জীবগী থেল্লবা বুদ্ধিনা লাম্বদা ফংবা নত্তে। পরমেশ্বর ভগবান্না তৌগে হায়রবদা ওইথোক্তবা করিসু লৈতে। অদুগা মহাক্না তৌথোরকপা থবকশিংদি ঐথোয়দদি অঙকপনি, অদুনা মতম পুম্বদা মহাকসে ঐথোয়গী বাখলগী বাংমদা লৈ। ভগবান্দি শক্তি পুম্নমক্কী মপুনি অদুগা পূর্ণতম তত্ত্বনি। পরমেশ্বর ভগবান্দি মপুঙ-পুঙফা-ফাবনি, অদুগা অতৈনা, হায়বদি নারায়ণ, ব্রহ্মা, শিব, দেবতাশিং অমসুং অতৈ জীবশিংদি মপুঙ ফাবগী শক্তক হুদে। কনাগুম্বা অমত্তনা ভগবান্‌গা মান্নবা নত্রগা মঙোন্দগী হেনবা ঙমদে। মহাক্তি লম্বা-লৈতবনি।

শ্লোক ১৭

**ব্রহ্মতেজোবিনির্মুক্তৈরাত্মজৈঃ সহ কৃষ্ণয়া ।**
**প্রয়ানাভিমুখং কৃষ্ণমিদমাহ পৃথা সতী ॥ ১৭॥**

শব্দার্থ

ব্রহ্ম-তেজঃ—ব্রহ্মাস্ত্রগী তেজ; বিনির্মুক্তৈঃ—কল্লবা; (ব্রহ্মতেজঃ-বিনির্মুক্তৈঃ—ব্রহ্মাস্ত্রদগী কল্লবা); আত্মজৈঃ—মচানুপাশিংগা; সহ—লোয়ননা; কৃষ্ণয়া—কৃষ্ণাগা (দ্রৌপদীগা); প্রয়ান—খোঙশানবা; অভিমুখম্ মায়ওল্লবা; (প্রয়ান-অভিমুখম্—লেঙগদবগী তৌরবা); কৃষ্ণম্—শ্রীকৃষ্ণদা; ইদম্—অসি; আহ—হায়খি; পৃথা—কুন্তীনা; সতী—সতী, পুকচেল লোঙদবী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সতী কুন্তীনা ব্রহ্মাস্ত্রদগী কলহৌরবা মচানুপাশিং অমসুং দ্রৌপদীগা লোয়ননা চঙলক্লগা শ্রীকৃষ্ণনা (দ্বারকাদা) হল্লগে হায়না যাত্রা তৌরবা মতমদা অসুম্না হায়জখি।

নৈনরোল

শ্রীকৃষ্ণদা পুক্নীং লোঙদবা ভক্তি তৌবগীদমক কুন্তীবু মফমসিদা 'সতী-নি' হায়রিবনি। মপুক্নীং অহু তুংদা লাক্কদৌরিবা ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা তৌরম্বা স্তব-শিংনা ফোঙদোক্লম্মী। পুক্নীং-লোঙদবা ভগবদ্ভক্তদি অবাবদগী কনবিয়ু হায়না অতৈদা হায়বদি কনাগুম্বা জীবদা নৎত্রগা দেবতাদা হায়জবা লৈতে। মতৌ অসি মতম পুম্বদা পাণ্ডব পরিবার পুম্বগী ওইরম্মী। মখোয়না কৃষ্ণ নত্তনা করিমতা খঙলমদে, মরমহুনা ভগবানসু মতম পুম্নমক্তা ওইরম ওইরম্বা ফীভম খুদিংদা মওং খুদিংগী মতেঙ পাংগদবগী শেম শাহুনা লৈরম্মী। মহুনি ভগবান্গী দিব্য ওইবা লীচৎতি। ভক্তনা মঙোন্দা ভাইবগুম মাসু ভক্তগীদমক ভাইহুনা লৈ। মরমসিনা ঐখোয় কনামতনা মপুঙ-ফাদবা জীবশিংদগী অহুগা দেবতাশিংদগী মতেঙ থিরুগদবা নত্তে; অহুগা মাগী ভক্তশিংবু কনবা ঙম্বা ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণদগী মতেঙ পুম্বা পীবিনবা হায়জগদবনি। অসিগুম্বা সং (অশেঙবা) ভক্ত অমনা ভগবান্দগী মতেঙ কদৌঙৈদসু নিদে, অহুবু ভগবাননা, মরম্লাই ওইনা মতেঙ অহু পীগে হায়না খোয়রাঙভী।

শ্লোক ১৮

**কুন্ত্যুবাচ**

**নমস্যে পুরুষং ত্বাদ্যমীশ্বরং প্রকৃতেঃ পরম্ ।**
**অলক্ষ্যং সর্বভূতানামন্তর্বহিরবস্থিতম্ ১৮ ॥**

শব্দার্থ

কুন্তী উবাচ—কুন্তীদেবীনা হায়রম্মী; নমস্যে—খুরুমজৈ; পুরুষম্—পরতত্ত্বদা; ত্বা—নহাকপু; আদ্যম্—অহানবা; ঈশ্বরম্—ঈশ্বরদা, মপুদা; প্রকৃতেঃ—প্রকৃতিগী; পরম্—বাংমদা লৈবা; অলক্ষ্যম্—উবা ফংদবা; সর্বভূতানাম্—জীব পুম্নমক্কী; অন্তঃ—মমুঙদা; বহিঃ—মপান্দা; অবস্থিতম্—লৈবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীমতী কুন্তীনা হায়রম্মী—ঐনা নহাকপু খুরুমজৈ, মরমদি নহাক অহানবা পুরুষনি অহুগা প্রাকৃত জগৎকী গুণশিংগী বাংমদা লৈবনি, নহাক জীব পুম্নমক্কী (লৈরিবা পোৎ খুদিংগী) মুং-পান অনীমক্তা লৈবনি, অহুমকপু কনামতনা উঙমদবনি।

## নৈনৱোল

শ্রীকৃষ্ণনা কুন্তীদেবীগী ময়ামুপা ওইনা লীলা শান্নৱম্লবস্তু মহাক আদি পুরুষ ভগবান্নি হায়বহু কুন্তীনা চপ চানা খঙলম্মী। অসিগুম্বী জ্ঞান-চেনবী মুজ্ঞা অমনা ময়ামুপাদা থুরুমহুনা অরানবা থবক তৌরম্বা হৌনদে। মরমহুনা মহাক্না শ্রীকৃষ্ণবু প্রাকৃত জগৎকী রাংমদা লৈবা আদি-পুরুষ হায়না কৌরম্বনি। জীবাত্মা পুম্নমক প্রাকৃত-নত্তবা ওইরবস্তু আদি নত্তে অহুগা শোয়গন্দবা (অচ্যুত) হায়বহুস্তু নত্তে। জীবশিংদি মায়া-লাংদা থুখিবা মরম্না শোয়গল্লি লৈখা তাগল্লি, অহুগা ভগবানদি কৈদৌ-ঙৈদস্তু অহুগুম্বা নত্তে। মরমহুনা বেদদা মহাকপু জীব পুম্নমক্কী মকোক হায়না শক্লে ( নিত্যো নিত্যানাং চেতনঃ চেতনানাম্)। অহুদগী মহাকপু অমুক ঈশ্বর ( অঙম্বা মপু) হায়নস্তু হায়রি। জীবশিং অমদি চন্দ্র (থা) অমসুং সূর্য্য (নুমিৎ) খোয়গুম্বা দেবতাশিংসু খরগী মথেদি ঈশ্বর ওাক্লি অহুবু মথোয় কনামতনা পরম-ঈশ্বর হায়বদি পুঙশুপ-শুপ্না (সর্ব নিয়ন্তা) হায়বহুদি নত্তে। মহাক্তি পরমেশ্বর হায়রবদি পরমাত্মা হায়বহুনি। মহাক মুং-পান অনীমক্তা লৈ। মহাক শ্রীমতী কুন্তীগী মমাঙদা ময়ামুপা ওইনা লৈরবস্তু মহাক শ্রীমতি কুন্তীগী অহুগা অতৈ খুদিংমক্কী মুংদস্তু লৈরিবনি। ভগবদগীতাদা (১৫।১৫) ভগবান্না হায়—"ঐহাক পুম্নমক্কী থম্মোইমুংদা লৈ অহুগা মী খুদিংনা নীঙশিংবা, কাউরিবা অমদি খঙলিবনচিংবা তৌরিবসি ঐহাক্না তৌহনবা ওাক্লি। বেদ পুম্বনা খঙগে তাল্লিবহু ঐহাক্লি, মরমদি ঐনা বেদশিংসি খোমজনবনি অহুগা ঐহাক বেদান্ত তাকপীবা ওজাহুনি।" ভগবান্না জীব পুম্নমক্কী মুং-পান অনীমক্তা লৈরবস্তু উবা ফংঙমদবনি হায়বসে রাণীনা য়ারম্মী। হায়বা তারবদি, ভগবান্‌সে মীচম অমগী মফমদা ফোঙদোক-ঙমদবা অমম্বা পোৎতা অমনি। ভগবান্ কৃষ্ণনা মহাক্কী মমাঙদা লৈনা লৈনা অশ্বত্থামাগী ব্রহ্মাস্ত্রনা হাৎকদৌরবা উত্তরাগী গর্ভ মুংদা চঙলম্মী হায়বসি রাণী কুন্তীনা খঙলম্মী। শ্রীকৃষ্ণসে সর্ববব্যাপীরা (মফম পুম্বদা শীনথুংনা লৈবরা) নৎত্রগা অন্তর্য্যামীরা (পোৎ খুদিংগী মুংদা লৈবরা) হায়বগী মরমদা রাণী কুন্তী মশামক ভাব তারমদে। তশেংবদি শ্রীকৃষ্ণদি অনীমক্লি; অহুবু মঙোন্দা কখোকচরবা মীতা নত্তবা কনাদস্তু মহাক্না মশক উত্তে। মাবু উদনবা য়ুখল অসি পরমেশ্বর ভগবান্‌গী মায়া কৌবী শক্তিহুনি। মায়াসিনা ভগবান্দা চঙজদবা মীগী খুরবা মীৎয়েংহু খুহুম চল্লী। রাফমসিগী ব্যাখ্যাদি মথাদা লাক্লি।

## শ্লোক ১৯

**মায়াজবনিকাচ্ছন্নমজ্ঞাধোক্ষজমব্যয়ম্।**
**ন লক্ষ্যসে মূঢ়দৃশা নটো নাট্যধরো যথা ॥ ১৯ ॥**

## শব্দার্থ

মায়া—মায়াগী; জবনিকা—ফীজঙ, য়ুখল; আচ্ছন্নম্—কূপ্লবা; অজ্ঞঃ—খঙদবা; অধোক্ষজম্—ইন্দ্রিয়দগী থোরকপা জ্ঞানগী রাংমদা লৈবা; অব্যয়ম্—অশোয়-অঙাম লৈত্রবা; ন—নত্তে; লক্ষ্যসে—উই; (ন লক্ষ্যসে—উদে); মূঢ়দৃশা—অপঙবগী মীৎয়েং য়েংবা; নটঃ—(জগোই-নচিংবা) তৌবা); কলাকার; নাট্যধরঃ—অভিনেতাগী ফী শেৎলবা; যথা—অহুগুম্বা।

## মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মায়ানা ফীজঙ ওইনা কূপ্লুনা লৈরবা, প্রাকৃত ইন্দ্রিয়না খঙঙমত্রবা, অহুগা অশোয়-অঙাম লৈত্রবা (অব্যয়) নহাকপু অপঙবগী মীৎয়েং য়েংবা খঙদবা মীতানা উবা ঙমদে, মহুদি লীলা-শান্নবগী ফী-শেৎপা অভিনেতাবু শক খঙবা ঙমদবগুম্না।

## নৈনরোল

বুদ্ধি ৱাংপা মীতাশিংনা শ্রীকৃষ্ণবু ঐখোয়গুম্বা মীচম অমনি হায়না লৌতুনা মহাকপু থওই উৎশিন্তে হায়বসি শ্রীকৃষ্ণনা হায়খিবা ভগবদগীতাদা য়াওবা ৱাকম অমনি। মতুমক মহারাণী কুন্তীনসু মফমসিদা হায়রিবনি। ভগবান্না মপুনি (কর্ত্তানি) হায়বসিবু য়াদবা মীতাশিংহুনি বুদ্ধি ৱাংপা মী হায়রিবসি। অসিগুম্বা মীতাশিংবু 'অসুর' হায়না খঙনৈ। অসুরশিংনা ভগবান্না মপুনি হায়বা ৱাসি লৌদে। ভগবান্ মশামক্না ঐখোয়গী ইরক্তা রাম, নৃসিংহ, বরাহ নৎত্রগা মশামক্কী বিগ্রহ মূর্ত্তি কৃষ্ণহুমক ওইনা থোরক্লবা মতমদা মীওইবনা তৌঙমদবা অঙক অঙকপা থবক কয়া মহাক্না তৌই। ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনা মমাগী মথাদা লৈরিঙৈদগী হৌনা মীওইবনা তৌবা ঙম্লরোইদবা থবক (লীলা) উৎখি হায়বহু ভাগবতম্ কৌবা গ্রন্থসিগী তরাশুবা স্কন্ধদা ঐখোয়না থেংনরক্কনি। পূতনা হিংচাবীনা মখোমদা হু তৈশল্লগা শ্রীকৃষ্ণবু হাৎকে তৌরবসু শ্রীকৃষ্ণনা মাবুহুম হাৎখি। ভগবান্না অচম্বা অঙাঙ নৱা অমগুম্না পূতনাগী চুচুহু চূপ্লম্মী, অহুগদি মথৱাইহু চূপথোক্লম্মী। মতো অহুম্না মহাক্না গোবর্দ্ধন চীঙসু অঙাঙমচা অমনা হঙোইগী পে থাঙ্গৎপগুম থাঙ্গৎখি অহুগা ব্রজবাসী-শিংবু কম্লনবগীদমক মুমিৎ কয়ানিরোম চূপ্না অহুম লেপতুনা লৈরম্মী। অসিদা পল্লিবা থবকশিংসি পুরাণ, ইতিহাস অমদি উপনিষদ্-নচিংবা মৱা-চৎপা বৈদিক সাহিত্যদা য়াওম্লিবা মহাক্কী মীওইবনদি তৌবা ঙম্মোইদবা লীলা ময়ামহুগী মনুঙদা য়াওবা খরতনি। মহাক্না ভগবদগীতাগী মওংদা অঙকপা পাওতাকশিংসু পীরম্মী। বীর অমা ওইনা, গৃহস্থ (য়ুম্বানবা মী) অমা ওইনা অহুগা ত্যাগী অমা ওইনা অঙকপা শক্তি কয়া উৎখি। শ্রীব্যাস, দেবল, অসিত, নারদ, মধ্ব, শঙ্কর, রামানুজ, শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভু, জীব গোস্বামী, বিশ্বনাথ চক্রবর্ত্তী, ভক্তিসিদ্ধান্ত সরস্বতীনচিংবা মৱাচৎপা মহাজন-শিংনা মহাকপু (কৃষ্ণবু) পরমেশ্বর ভগবান্নি হায়না য়ারম্মী। মহাক মশামক্নসু অওইবা লাইরিক-শিংসিগী মফম অয়াম্বদসু লাউথোক্লম্মী। অহুমক্তদা ভগবান্বু অদ্বয়তত্ত্ব পরমেশ্বরনি হায়না লৌনিঙদবা অসুর-পূকচেল-চেনবা মী কাঙবু অমসু মরৈরি। মসিগী মরম অমদি মখোয়না খঙবা ৱাংপননি অহুগা মরম অমনা মখোয়না নহালমূর্ক্কী মপোক্তা অহুগা হন্দকী মপোক্তা তৌবা ফত্তবা থবক্কী মহৈ ওইনা ঙক-কনবা লীচৎ চৎপননি। অসিগুম্বা মীতাদি মমাঙমক্তদা শ্রীকৃষ্ণমক্না লেপ্লরবা ফাওবদা মহাকপু খঙবা ঙমদে। অৱাবা অমনা মপূঙ ফাদবা ইন্দ্রিয়শিংহুবুদা থাজবা মীতাশিংনা মহাকপু পরমেশ্বর ভগবান্নি হায়না খঙজবা ঙমদে। মসিগুম্বা মীতাদি হৌজিক্কালগী বৈজ্ঞানিকশিংগুম্বনি। মখোয়না চাংয়েংলগা খঙবদনা পোৎশক খুদিংমক খঙনিঙঙী। অহুবু মপূঙ ফাদবা চাংয়েংগী মখঙনদি পরমেশ্বর ভগবান্বু খঙনবা তৌবদি ওইথোক্তবনি। নৈনরিবা শ্লোকসিদা মহাকপু 'অধোক্ষজ' হায়না বর্ণন তৌরি। অধোক্ষজদি চাংয়েংগী মখঙনা খঙবগী ৱাংমদা লৈবা হায়বনি। ঐখোয় জীবশিংগী ইন্দ্রিয়শিংদি মপূঙ ফাদবনি। ঐখোয়না পোৎ খুদিংমক উই হায়না দাবী তৌই, অহুবু উরিবহু প্রাকৃত ওইবা ফীভম খরগী মথা পোম্না উবনি হায়বসিদি ঐখোয় য়াগদবনি, অহুগা অসুম্না উবসিসু ঐখোয়না উগে হায়না ইনীঙ তম্বা ৱাদে। ভগবান্বু উবদি মীৎইবগী ইন্দ্রিয়গী থবক নত্তে। মায়াগী মথা পোল্লিবা জীবশিংগী অৱাংপসি থোইদোক হেন্দোক্না বুদ্ধি ৱাংপী মুজাশিংগী অৱাংপসি মহারাণী কুন্তীনা য়ারম্মী। বুদ্ধি ৱাংলা মীশিংগীদমক্তি মন্দির, মসজিদ্ অহুগা গীর্জ্জানচিংবসি লৈফম থোকই, মহু ওইরবদি মখোয়না ভগবান্না মপুনি হায়বহু খঙবা হৌগনি অহুগা অসিগুম্বা পবিত্র ওইবা মফমশিংদা মৱা চৎপা মহাজনশিংদগী ভগবান্গী মরমদা ৱা তাগনি। বুদ্ধি-ৱাংপা মীশিংগী-দমক্তি দিব্য-জীবনগী মহৌসি তৌদবা য়াদবনি; জন-সাধারণগী দিবা গুণ থিবিক্কী মচাঙ চাওখৎহন্ন-

বগীদমক্তা চঙদবা য়াত্রবা লাইনিঙফমশিংসি লিংথৎপহ্ অপঙবা মীতাশিংনা য়াদে। খুমাঙ-চাওরবা ভক্তশিংনা ধ্যান-ধারণা তৌরগা ফংলকপা কান্নবশিংহ্ বুদ্ধি-রাংপা মীশিংগীদমক্তদি মন্দির, মসজিদ্ অমদি গীর্জাশিংদা লাই খুরুম্নরিবা অসুম্না ভগবান্না মপুনি হায়না খুরুম্বদা ফংগদবনি।

শ্লোক ২০

**তথা পরমহংসানাম্ মুনীনামমলাত্মনাম্।**
**ভক্তিযোগবিধানার্থং কথং পশ্যেম হি স্ত্রিয়ঃ॥ ২০॥**

শব্দার্থ

তথা—অদুগী মথক্তা; পরমহংসানাম্—খুমাঙ-চাওরবা পরমার্থীশিং; মুনীনাম্—রাখল-চাওবশিং; অমল-আত্মনাম্—প্রাকৃত ওইবা পোত্তাবু পামত্রবশিং; ভক্তিযোগ—ভক্তিযোগ; বিধান-অর্থ—পাঙ-থোকুবগীদমক; কথম্—করম্না; পশ্যেম—উগনি; হি—অওইবমক; স্ত্রিয়ঃ—মুপীশিংনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অপাম্বা লৈত্রবা মুনি ওইবা পরমহংসশিংগী মফমদা ভক্তিযোগ তাকপিগে হায়বগীদমক নহাক অবতার তৌরকপনি। মরমহুনা মুপী ওইবী ঐখোয়নদি নহাকপু করম্না খঙগনি।

নৈনরোল

রাংলেন রাংবা থাক্কী রাখল চাওবা দার্শনিকশিংনফাওবা ভগবান্গী লমদম্ য়ৌবা ঙমদে। অদ্বয়তত্ত্ব পরমেশ্বর ভগবান্ হায়বা পরমসত্ত্বদো রাংলেন-রাংবা দর্শন পণ্ডিতশিংগী রাখল্না লাম্বা ফংদে। বিদ্যা য়াম্না হৈবনসু নত্রগা থোপ য়াম্না ফবনসু মহাকপু খঙবা ঙমদে। মহাক্কী কৃপা ফংবা মীতনা মহাকপু খঙবা ঙমগনি। কৃপা লৈতবা মী অতৈদি চহী কয়া চুপ্পা মাবু খনজরবসু মাবু খঙবা ঙম্মোই। রাফমসিমক করিসু খঙদবী মুপী অমগী মশক লৌরিবী মহারাণী কুন্তীদেবীনা প্রমাণ তৌহুনা উংলি। মুপী খ্বাইদি দার্শনিক অমগুম্না রাখল খল্লবা ঙমদে, অহুবু মখোয়বুদি ভগবান্না চানবী, মরমদি মখোয়দি ভগবান্না মপুনি অমসুং পুঙঙম-ঙম্মী হায়রবসি খুদক্তা হেক্তা থাজে, মরম অসিনা মখোয়না মপুক তিংনা করিমতা থাক্তবমথৈ ভগবান্দা খুরুমজে। ভগবান্দি কয়ামুক খোজাল হৈবগে হায়ববু দার্শনিক মুনি ওইবা মীতবু খোইদোক্লা লুনা তৌদে। পুকচেল শেংনা তৌজবা হায়বহ্ ভগবান্ মানা খঙডী। মরম অসিত্তনা, ধর্ম্ম-অনুষ্ঠান কৈনোমা হেক তৌবদা মুপীনা অয়াম্বা ওইনা তিল্লি। দেশ খুদিংদা অহুগা ধর্ম্মসম্প্রদায় খুদিংদা মুপীশিংনা মুপাশিংদগী হেন্না থরাই য়াওশল্লি হায়বা উই। ভগবান্বু মপুনি হায়বসি য়ারিবা ইচম-চমজবা মতৌসিনা পুকচেল শেংদনা ধর্ম্মদা থরাই য়াওশনবদগী মহৈ য়ানবা হেল্লি।

শ্লোক ২১

**কৃষ্ণায় বাসুদেবায় দেবকীনন্দনায় চ।**
**নন্দগোপকুমারায় গোবিন্দায় নমো নমঃ॥ ২১॥**

শব্দার্থ

কৃষ্ণায়—শ্রীকৃষ্ণদা; বাসুদেবায়—বসুদেবগী মপারীদা; দেবকীনন্দনায়—শ্রীমতি দেবকীগী মপারীদা; চ—অমসুং; নন্দগোপ কুমারায়—শ্রীনন্দগী গোপ কুমারদা; গোবিন্দায়—ইন্দ্রিয় পুন্নমকপু িংবা ঙম্মী হায়বগীদমক গোবিন্দ কৌবা মঙোন্দা; নমঃ নমঃ—হন্না হন্না খুরুমজে।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

বসুদেবগী মপারী ওইবিরবা, দেবকীগী মুংঙাইনবগী মশক ওইবা, অদুগা শ্রীনন্দ গোপগী মচা গোবিন্দবু ঐনা হন্না হন্না খুরুমজে।

নৈনরোল

মায়াগী ওইবা লম্তুম্না মত্তেঙ ওইরগা য়েৌবা য়াদবা শ্রীভগবান্দুনা, মাগী ঙমখৈ-নাইদবা অমদি মহুৎ-মরায় থিদবা কৃপাদগী, মাগী থোইদোকপা কৃপাদু পুক্নীং-লোঙদবা ভক্তশিংদা উৎকে হায়দুনা অমসুং অসুর-লীচৎকী মীতাশিংনা কাখৎলম্বদু নমথগে হায়দুনা মালেমসিদা মশামক কৃপ্পিরকয়ি। মহারাণী কুন্তীনা শ্রীকৃষ্ণগী অবতারসিবু অতৈ অবতারশিংদগী হেন্না লুনা তৌজরম্মী, মরমদি হন্দকী অবতারসিদা মহাক্কী নাক য়েৌবা অতৈদগী হেন্না যারম্মী। বাম অবতারদা মহাক হেক পোকপদগী নিংথৌমচা ওইদুনা লৈরম্রে, অদুবু কৃষ্ণ-অবতারদদি, মহাক নিংথৌগী মচানুপা ওইরবসু, অওইবা মমা-মপাবু (মহারাজ বসুদেব অমসুং মহারাণী দেবকীবু) হেক পোকপগা খুদক্তা হুপ্তেকখি অদুগা মহাক্কী বাল্য-লীলানা শেংদোকপদগী মহৈ য়ানজরবা ব্রজভূমিদা অচম্বা গোপমচা অমগুম লীলা শান্নবা হায়দুনা যশোদা মাতাগী তম্পাক তান্না লেঙখি। মরমসিনা ভগবান্ কৃষ্ণনা ভগবান্ রামদগী চানবিহৈবা হেন্না ওইখি। অশেংনমক মহাক কুন্তীগী পোকমিন্নবা মবুং বসুদেব অমসুং মাগী পরি-বারবু য়াম্না চান্বিখি। মহাক্না বসুদেব-দেবকীগী মচা ওইরমদ্রবদি মহারাণী কুন্তীনা মহাকপু ময়ানি হায়জবা ঙম্লোই অদুগা মচা ময়া ওইনা কৃষ্ণবু মুংশিজনা কৌবা ঙম্লোই। অদুবু নন্দগা যশোদাগনা হেন্না লাইবক-ফবা ওইরম্মী মরমদি মখোয়না ভগবান্গী বাল্য-লীলারস চুপচবা ফংখি, বাল্য-লীলাদি অতৈ লীলাদগী হেন্না রস-চেন্বনি। ব্রজভূমিদা উৎখিবা বাল্য-লীলাশিংদুগা মান্নবা অমা লৈরমদে। ব্রজভূমিগী বাল্যলীলাশিংসি, ব্রহ্মসংহিতাদা হায়রিবা চিন্তামণিধাম ওইবা মূল কৃষ্ণলোক অদুদা শান্নবা মাগী নিত্য লীলাদুমক্তি। ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনা মহাক্কী নিত্যসিদ্ধ পরিকর অমসুং ধামগা লোয়নননা ব্রজভূমিদা অবতীর্ণ ওইখিবনি। মরমদুনা, ব্রজবাসীশিংগা মান্ননা লাইবক-ফবা কনামতা লৈতে হায়না শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা হায়রম্মী; থোইদোক হেন্দোক্না, লৈজবা পূম্নমক ভগবান্গী পেন্নবা কংথোক্লম্বা ব্রজগী শকহেন্বীগা মান্ননা লাইবক কনাগীসু ফরমদে। নন্দ-যশোদাগা লোযননা শান্নখিবা মাগী লীলাশিং অদুগা ব্রজগী গোপ-নহা-অহলশিংগা শন্নপকসু লোয়নননা শান্নখিবা লীলাশিংনা মরম ওইদুনা মহাকপু গোবিন্দ হায়না খঙনখি। গোবিন্দ ওইনা শ্রীকৃষ্ণনা শল-ব্রাহ্মণ অনীসিগী মফমদা মপুক্নীং থম্বা হেন্‌খি, মতুম তৌরগা মহাক্না উৎলম্বদি মীওইবগী চাওখৎপদি ব্রহ্মণ্য ধর্ম্মগী কৃষ্টিগা শন য়োকপগা মরম অনীসিগী মপান্থাংবনি হায়বদুনি। মরম অনীসি রাংপা মফমদা শ্রীকৃষ্ণনা কদৌঙৈদসু পেন্‌বিদে।

শ্লোক ২২

**নমঃ পঙ্কজনাভায় নমঃ পঙ্কজমালিনে।**
**নমঃ পঙ্কজনেত্রায় নমস্তে পঙ্কজাঙ্ঘ্রয়ে ॥ ২২॥**

শব্দার্থ

নমঃ—খুরুমজে; পঙ্কজনাভায়—থম্বাল-মান্‌বা খোয়দৌনা নঙগী ওইবা নঙোন্দা; নমঃ—খুরুমজে; পঙ্কজমালিনে—থম্বালগী মালা খোন্‌বদা; নমঃ—খুরুমজৈ; পঙ্কজনেত্রায় থম্বাল মীৎতা-পান্‌বদা;

নমঃ তে—নঙোন্দা খুরুমজে; পঙ্কজ-অঙ্ঘ্রয়ে—খুয়াদা থম্বাল-মান্‌বা রেখা (লৈই) লৈবা (মরমদুনা থম্বাল-মান্‌বা খোঙপান্‌বা কৌবা)।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে থম্বাল-মানবা-খোয়দৌ-পানবা, থম্বাল-পরেং থোনবা, থম্বাল মীত্তা পানবা, থম্বাল লৈইগী খুয়া পাল্লিবা, নঙোন্দা হন্না হন্না খুরুমজরি।

নৈনয়োল

অতৈগী দেহগা পরমেশ্বর ভগবান্‌গী দেহগা খেন্নবা খণ্ডননবা মহাক্কী প্রাকৃত নত্তবা হকচাঙগী থোইদোকপা খুদম থরা মফমসিদা তাক্লি। মখোয়সি ভগবানগী হকচাঙগী থোইদোকপা লক্ষণ ঙাক্তনি। ভগবান্‌বু ঐখোয় অমগুম্না মান্নবা উবা য়াই, অদুম্নদি ওইরগা মহাক খুাইগা মান্নদে হায়বসি মাগী তোপ তোপ্পা লক্ষণশিংনা তাক্লি। শ্রীমতী কুন্তীনা মুপী অমা ওইবা মরম্না মশাবু ভগবান্‌বু উবদা মতীক চাদবনি হায়না হায়জে। অম্মুম্না হায়বগী মরমদি মুপীশিংনে, শূদ্রশিংনে (শিন্মী কাঙবু), দ্বিজবন্ধুশিংনে (হায়বদি অরাংবা বর্ণ অদুমগী লৈখা তারবা মচা মশুশিংনে) মখোয়শিংসে অদ্বয় পরমতত্ত্বগী দিব্য ওইবা নাম, যশঃ (মিংচৎ), গুণ, রূপশিংগা মবী লৈনবা বিষয় খণ্ডননবা চপ চাবা বুদ্ধি চেন্দে। মখোয়সিগুম্বশিংনা ভগবানগী প্রাকৃত নত্তবা বিষয়দা চঙবদা মতীক চাত্রবন্দু ভগবান্‌বু অর্চ্চা বিগ্রহ (লাৎনরিবা মূর্ত্তি) ওইনদি উবা ঙম্মী; অর্চ্চাবিগ্রহসি মুপী শূদ্র দ্বিজবন্ধুনচিংবা লৈখা তারবা জীবদা কৃপা পীবিগে হায়দুনা প্রাকৃত জগৎতা কূমথবিরকপনি। অসিগুম্বা লৈখা তাববা মীতাশিংনা জড় প্রকৃতি নত্তবা করিমত্তা উবা ঙমদবা মরম্না ভগবান্‌না চানবীদুনা শীঙলাক ঙমদবমখৈ লৈবিবা ব্রহ্মাণ্ড খুদিংগী মনুংদা গর্ভোদকশায়ী বিষ্ণু ওইনা চঙলগা লৈ। মহাক্কী পুক্কা কৃংলিবা থম্বাল মানবা খোয়দৌদগী থম্বাল পাম্বী অমা হৌগৎলয়ি; অদুম্না তৌরগা ব্রহ্মাণ্ডগী জীব অহানবা ওইরিবা ব্রহ্মা পোকই। মরমদুনা ভগবানবু পঙ্কজনাভি কৌই। পঙ্কজনাভি ভগবান্‌না অর্চ্চা বিগ্রহ (দিব্য রূপ) অসি মচাক মখল মখল্লা শাবা ওইনা লৌয়ি, মদুদি পুকনুংদা শাবা মূর্ত্তি, উগী মূর্ত্তি, লৈখোমনা শাবা মূর্ত্তি, ধাতুনা শাবা মূর্ত্তি, রত্ননা শাবা মূর্ত্তি, অয়েকপা মূর্ত্তি (চিত্রপট), লৈঙোইথক্তা য়েকপা মূর্ত্তি—মসিনচিংবনি। ভগবান্‌গী অসিগুম্বা মূর্ত্তিশিংসে মতম পুম্নমক্তা থম্বালগী মালানা লৈতেঙঙী। অদুগা মন্দিরমুংদা অঙৈংবা মত্তৌ অমগী ফিভম লৈনবা শেমগদবনি করিনা মদুম তৌরবদি সংসার বিষয়দা চরাংনদুনা মতম পুম্নমক্তা লৈরিবা ভক্ত নত্তবা মীতাশিংগী খোয়রাংবা মপূক অদু চিংশনবা য়াগনি। ধ্যানীশিংনা মপূকমুংদা মূর্ত্তি লাকশল্লগা খুরুমজে। মরমদুনা মুপীশিং, শূদ্রশিং অদুগা দ্বিজবন্ধুশিংনা মখোয়গীদমক্লি হায়দুনা মৎং মখল মখল্দা শাদুনা থম্মিবা লাইশঙদা চৎলু হায়বা য়ারবোইদি ভগবান্‌না মখোয়বু ফাওবা চানবিরকই। বুদ্ধি রাংপা মীতানা লাইশঙ চৎপা মীশিংবু মূর্ত্তি লাৎপনি হায়না পাওথোকই, তশেঙবদি মখোয় মূর্ত্তি লাৎপা নত্তে। অচৌবা আচার্য্যশিংনা বুদ্ধি রাংপা মীতাশিংগীদমক্লি হায়দুনা লাই খুরুমফম শঙ কয়া মফম কয়াদা চানবিদুনা লীলম্মী। কনাগুম্বনা শূদ্রগী অমদি মুপীগী অমদি মখোয়দগী হন্দবা মীশিংগী মরক্তা য়াওরুরগা মশামকপু লাইশঙদা লাই খুরুম্বগী থাক অদুগী রাংমা লাল্লবা মীতানি হায়না লৌকদে। ভগবান্‌বু য়েংবা (দর্শন তৌবা) মতমদা খোঙ থম্বালদগী য়েংবা হৌরগা মথঙ মথঙ ওইনা কৈগল, খাঙ, থবাক অমসুং মায়খোঙ য়েংগদবনি। ভগবান্‌গী খোঙ থম্বাল য়েংবা হৈনদদুনা ভগবান্‌গী মায়খোঙ য়েংননবা হোৎনযদে। শ্রীমতী কুন্তীনা ভগবান্‌গী মনে ওইরুবা মরম্না ভগবান্‌বু য়েংবদু

খোঙ থম্বাল্দগী হাল্লা হৌরমদে মরমদি ভগবাল্লা ইকায়খিগনি হায়বননি; অদুনা কুন্তী দেবীনা ভগবান্‌গী মুংঙাইরোইদোবা ফীভম থোক্তনবা হায়দুনা, ভগবানবু য়েংবদু খোঙ থম্বালগী মথক্তগী হায়বদি ভগবানগী খ্বাঙদগী হৌরগা মথঙ মথঙ য়েংখৎপদুনা মায়খোঙ ফাওবা য়েংলগা অদুদগী খোঙ থম্বান্দু য়েংলম্মী। দর্শনগী মথং মনাওদু মকমসিদা করিমত্তা কায়রমদে।

শ্লোক ২৩

যথা হৃষীকেশ খলেন দেবকী কংসেন রুদ্ধাতিচিরং শুচার্পিতা।
বিমোচিতাহং চ সহাত্মজা বিভো ত্বয়ৈব নাথেন মুহুর্বিপদ্গণাৎ। ২৩॥

শব্দার্থ

যথা—মতৌগুম্না; হৃষীকেশ - ইন্দ্রিয়শিংগী মপু; খলেন—মুংশিহৈতবা; দেবকী—দেবকী (শ্রীকৃষ্ণগী মমা অপোকপী); কংসেন—কংস নিংথৌনা; রুদ্ধা—কৈশুমশঙদা থম্লবী; অতিচিরম্—মতম য়াম্না কুইনা; শুচ-অর্পিতা—অৱাবদা তাহল্লম্বী; বিমোচিতা—থাদোকপীরবী; অহম্ চ—ঐ ইশামক; সহ-আত্মজা—ইচাশিংগা লোয়ননা; বিভো—হে অচৌবা; ত্বয়া এব—নহাক্না; নাথেন—কনবিবা মপুনা; মুহুঃ—হন্না হন্না; বিপৎ-গণাৎ—খুদোংথীবা পুম্নমক্তগী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে ইন্দ্রিয়শিংগী মপু (হৃষীকেশ), মুংশিহৈতবা কংসনা মতম শাংনা কৈশুমশঙদা থম্লগা অৱাবদা তাহল্লম্লবী নমা অপোকপীবু কৈশুমশঙদগী থাদোকপিবগুম্না, হে বিভু (মক্কম পুম্বদা লৈবা) বিষ্ণু কনা লৈত্রবগী মপী মপা (নাথ) ওইবা নহাক্না ইচাশিংগা লোয়ননা ঐহাকপু খুদোংথীবা পুম্নমক্তগী হন্না হন্না কনবিখি।

নৈনরোল

শ্রীকৃষ্ণগী মমা অদুগা কংস নিংথৌগীনা মচন ইবেম্মা দেবকীবু মপুরোইবা বসুদেবগা লোয়ননা কৈশুমশঙদা থমখি, মরমদি মুংশিহৈতবা কংসনা মহাকপু দেবকীগী নিপান-শুবা মচানুপানা (কৃষ্ণনা) হাৎকনি হায়না কিক্লবদগীনি। কৃষ্ণগী মমাঙদা পোকখিবা দেবকীগী মচানুপাশিংবু লোইনা মহাক্না হাত্তোকখি; অদুবু শ্রীকৃষ্ণদি নাম্থোকখি মরমদি মহাকপু শ্রীকৃষ্ণগী অয়োকপা মপাবুংঙো নন্দ মহারাজগী শঙ্গায়দা পুখোকখিরম্মী। মচাশিংগা লোয়ননা কুন্তী দেবীবু অৱাবা খুদোংথীবা কোঙ্গাইমা লাকপদা কনবিখি। অদুবু কুন্তীদেবীবুনা হেন্না চানবিবা ওইনা উই, মহাক্না কুন্তীগী মচানুপাশিংবুদি কনবিরগা দেবকীগী মচা অতৈবুদি শ্রীকৃষ্ণনা কনবিখিদে। অসুম তৌখিবগী মরমদি দেবকীগী মপুরোইবা বসুদেবদু হিংলম্মী, অদুগা কুন্তীদেবীদি লুখ্রাবী ওইরম্বা মরমনা মাগী মতেঙ পাংবিনবা কৃষ্ণ নত্তনা কনামত্তা লৈরমদ্রে। বা হায়ববু হেন্না খুদোংথীবদা তারবা ভক্তবু হেন্না লুনা তৌবী। করিগুম্বা মতমদা মহাক্না মাগী পুকচেল শেংবা ভক্তশিংবু অৱাবদা তাহল্লি, মরমদি মদুম্না গতি লৈতবা মতাঙদা ভক্তশিংনা মঙোন্দা আসক্ত (থৱাই য়াওনা নীঙশিংবা) ওইবা হেল্লী। ভগবানদা অদুক্কী মতীক আসক্ত ওইরগা ভক্তদুগী মঙ্গল অদুক্কী মতীক ওইবা হেল্লি।

বিষান্মহাগ্নেঃ পুরুষাদদর্শনাদসৎসভায়া বনবাসকৃচ্ছ্রতঃ।
মৃধে মৃধেঽনেকমহারথাস্ত্রতো দ্রৌণ্যস্ত্রতশ্চাস্ম হরেঽভিরক্ষিতা। ২৪॥

### শব্দার্থ

বিষাৎ—হূদগী; মহা-অগ্নেঃ মৈজাওদগী; পুরুষ-অদ—মীচাবা; দর্শনাৎ—মায়োক্লকবদগী; (পুরুষ-অদ-দর্শনাৎ—হিড়ম্বনচিংবা হিংচাবশিং মায়োক্লকবদগী); বন-বাস—বন মন্থুঙদা লোই-থাবদগী লৈবা; কৃচ্ছ্রতঃ—অৱাবদগী; (বনবাস কৃচ্ছ্রতঃ—বন মন্থুঙদা লৈরুবগী অৱাবদগী); মৃধে মৃধে—হন্না হন্না লান্দহ্নু; অনেক—য়াম্নবা; মহারথ—লান্মী অচৌবা; অস্ত্রতঃ—খুৎলাইদগী; (অনেক-মহারথ-অস্ত্রতঃ—মহারথ ময়ামগী খুৎলাইদগী); দ্রৌণি—দ্রোণাচার্য্যগী মচানুপা; অস্ত্রতঃ—খুৎলাইদগী; (দ্রৌণি-অস্ত্রতঃ—দ্রোণগী মচানুপা অশ্বত্থামাগী খুৎলাইদগী); চ—অমসুং; আস্ম—ওইরম্মী; হরে—হে হরি; অভিরক্ষিতা—মপূঙফানা কনবিখিবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে কৃষ্ণ, নহাক্না ঐখোয়বু হূদগী, মৈজাওদগী, মীচাবশিংদগী, পাপীগী সভাদগী, বন-বাসগী অৱাবদগী, মহারথশিংগী খুৎলাইদগী অমসুং দ্রোণগী মচানুপা অশ্বত্থামাগী খুৎলাইদগী কন্‌বিখি।

### নৈনরোল

থেংনরুবা অৱাবা-পরেংদু মফমসিদা হঙ্গৎলম্মী। দেবকীদু অমূকথক্তং মাগী মুংশিহৈতবা মৰুংনা অৱাবা ফংহন্‌খি, অদুদং নৎতনা মহাক্কী ফীভম ফরম্মী। অদুগা কুন্তীগা মচানুপাশিংগবুদি চহী কুমজা কয়া শাংনা খুদোংথীবা মথং মথং ফংহন্‌খি। দুর্যোধনগা মাগী পক্ষগনা লৈবাক মুন্নবগীদমক মখোয়বু অৱাবা পীখি। হৌজ খুদিংমক্তা কুন্তীগী মচানুপাশিংবু ভগবান্না কন্‌বিখি। নোংমা ভীমদা লাড়ুদা হু হাপ্পুনা পীজখি, মতম অমদনা মখোয়বু চাগী য়ুমদা লৈহল্লগা য়ুমদা মৈ চুখি, অমুক্তা দ্রৌপদীবু ময়াম মমাঙদা চিংথোরকখি অদুগা কুরুশিংগী পাপী-সভাদা মফি মুন্দুনা থোক্লবা তৌরগা ঈকায়বা পীগদবগী হোৎনখি। ভগবান্না লম-ওনঙমদবমখে শাংবা ফি পীদুনা দ্রৌপদীবু কন্‌খিবনা দুর্যোধনগী কাঙবুনা মহাকপু ফি-থোকপী ওইনা উনিঙখিবদু উবা ফংখিদে। মতৌ অদুগুম্না, বনবাসগী মতমদা মীচাবা হিড়ম্ব হিংচাবগা ভীম লান তৌবা তারম্মী, অদুবু ভগবান্না মহাকপু কন্‌খি। মতুনদু লোইরমদে। অৱাবা ময়ামশিংগী মতুঙদা কুরুক্ষেত্রগী লাঝাও থোকখি অদুগা অর্জুনদু ভীষ্ম, দ্রোণ অমদি কর্ণনচিংবা মহারথ অচৌবশিংগা লাম্বেংনবা তাখি। লোইনমক্তগী লাম্বোরক্লংবা মতুঙদসু ইকোন-কোন্‌বা ওইনা উত্তরাগী গর্ভদা লৈবা অঙাঙ হাৎনবা হায়দুনা দ্রোণগী মচানুপানা ব্রহ্মাস্ত্র কাপ্পম্মী অদুগা ভগবান্না কুরু বংশগী লেমহৌবা অমতা ভায়বা থান্না মহারাজ পরীক্ষিৎপু কন্‌খি।

### শ্লোক ২৫

**বিপদঃ সন্তু তাঃ শশ্বত্তত্র তত্র জগদ্গুরো।**
**ভবতো দর্শনং যৎ স্যাদপুনর্ভবদর্শনম্ ॥ ২৫ ॥**

### শব্দার্থ

বিপদঃ—খুদোংথীবা অৱাবশিং; সন্তু—ওইসনু; তাঃ—মখোয়শিংদু; শশ্বৎ—হন্না হন্না; তত্র—মফমদুদা; তত্র—মফমদুদা; জগৎ-গুরো—হে জগৎকী গুরু (হে শ্রীকৃষ্ণ); ভবতঃ—নহাক্কী; দর্শনম্—উবা; যৎ—মদু; স্যাৎ—ওই; অপুনঃ—অমুক হন্দবা; ভবদর্শনম্—সংসারবু (হন্ন হন্না-পোকপ-শিববু) উবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে জগৎকী গুরু কৃষ্ণ, খুদোংবীবা অৱাবশিংদু হন্না হন্না লাকপা ওইসনু, কন্নিনা, মতুম তৌৱবদি ঐখোয়না নহাকপু হন্না হন্না উবা ফংঙী, মরমদি নঙবু উবা হায়বসিনা কান্নবদি ঐখোয় হন্না হন্না সংসারবু (হন্না হন্না পোকপা-শিবা হায়বদু) উন্নরোই।

নৈনরোল

মহৌশানা অৱাব-নংলবা, লৈত-লায়রবা, জ্ঞানী অমদি খঙনিঙগনবা মীতাশিং হায়বদি পুম্ব কর্ম্ম তৌৱবা মীতাশিং অসিনা ভগবান্‌বু নীঙঙী নত্রগা নীঙবা হৌয়ি। অতৈ ফত্তবা থবক তৌদুনা চাওখংলবা মীতাশিংনা মায়াগী মখা পোনখিবা মরম্না, মফম ৱাংবা ৱাংদবা, ভগবান্‌গী নাক য়ৌবা ঙমদে। মরমসিনা ধর্ম্ম চেন্‌বা মীগীদি কন্নিগুম্বা অৱাবা অমতং হেক থেংনবদা ভগবান্‌গী খুয়া থম্বান্দা চঙজবা নত্তনা অতৈ উপায় অমা লৈতে। ভগবান্‌গী খুয়া-থম্বানবু তত্তনা নীঙশীঙবা হায়বসিগী অর্থদি পোকপা শিবদগী লান্থোক্লবগীদমক শেমশাবা হায়বনি। মরমসিনা অৱাবনি হায়রিবশিংদু লাক্কুনস্নু মখোয়বু ঐখোয়না তবাম তরাম ওক্কদৌবনি, মরমদি অৱাবশিংদুনা ভগবানবু নীঙশিংনবা তাঙ্গা অমা ঐখোয়দা পী, মদুনি অৱান খুভম হায়বদো।

মায়া-ঈপাক লান্ননবা চপ চাবা হিরেন্নি হায়না লৌনন্নিবা ভগবান্‌গী খোঙ-থম্বান্দা চঙজরবা মীদুনা অৱান খুভম ফংবদি শন্নাওগী খোঙ্গুল অমা লান্থোকপমূক লায়। অসিগুম্বা মীতাশিংদি ভগবান্‌গী ধামদা লৈগদবা মীতানি; খোঙথাঙ খুদিংগী অৱাবা ঙাক্কনা থল্লবা মফমদুদা মখোয়গা মরী লৈনদ্রে।

প্রাকৃত ব্রহ্মাণ্ডসি অৱাবতনা থল্লবা খুদোংথীবা মফম্নি হায়না ভগবান্না ভগবদগীতাদা তশেংনা হায়রি। খঙবা ৱাংপা মীতাশিংনা মফমসিগী মতৌদি অৱাবতনা থনবনি হায়বা খঙদদুনা অৱাব-শিংদুগা তাইননবগীদমক উদ্যোগ (থৌৱাং) জাৎ জাৎ তৌরি। মখোয়দি মুংঙাইবগী মফম ওইবা অদুগা অৱাবা মচেং অমকাওবা লৈতবা ভগবদ্ধাম অদু লৈ হায়বা খঙদে। মরমসিনা জ্ঞান তাবা মীগী মখৌদি তাইবংপানগী অৱাবা লাকপদা লাওতক্লবীদবা, মরমদি অৱাবা থৌদোকশিংসে মফম মতম পুম্বদা থোকপা শোয়দবনি। নঙোক-থৈদোক য়াত্রবা অৱাবা মখল পুম্নমক খাঙদুনা আত্মা উপলব্ধিগী মায়কৈদা অকারম কাননবা মীপুম খুদিংনা হোৎনবা তাই, মরম্দি মীওইবা পুন্সিগী তৌগদবা মখৌদি আত্মাগী অকারম কাবসিনি। আত্মাদদি প্রাকৃত জগৎকী অৱাবনা শোকপা ঙমদে, মরমদুনা অৱাবনি হায়রিবশিংদু ওইদবা ঙাক্কনি। কনাগুম্বা অমনা মমঙদা মহাকপু কৈ অমনা য়োংলম্বা উবা য়াই; অৱাবা অদুগীদমক মহাক কপ-লাউবা য়াই। তশেংবদি কৈস্নু লৈতে অৱাবস্নু খাঙদে, মসি তশেংবা মঙগী ৱানি। মদুম তৌনা পুন্সিগী অৱাবা পুম্নমক মঙ ঙাক্কনি হায়নৈ। কনাগুম্বা অমনা ভক্তিযোগগী পাম্বৈনা ভগবান্‌গা মরী লৈননবা লাইবক ফংজন্নবদি মদু মাগী অতোংবা অমনি। মখল মাপলগী ভক্তি মখল অমা তৌদুনা ভগবান্‌গা লৈনরবা মরীদো ভগবান্‌গী নাক্তা হন্ননবগী মায়কৈরোমদা থাংজনবা খোঙথাঙ অমা মতম পুম্নমক্তা ওই।

শ্লোক ২৬

জন্মৈশ্বর্য্যশ্রুতশ্রীভিরেধমানমদঃ পুমান্।
নৈবার্হত্যভিধাতুং বৈ ত্বামকিঞ্চনগোচরম্ ॥ ২৬॥

## শব্দার্থ

জন্ম—মপোক; ঐশ্বর্য্য—লন; শ্রুত—শিক্ষা (মহৈ); শ্রীভিঃ—শক ফজবনা; এধমান—মথং মথং হেন্জংলকপনা; মদঃ—ময়াই কাবা; পুমান্—মী; ন—নত্তে; এব—লেপ্পমক; অর্হতি—মতীক চায়; অভিধাতুম্—কৌবা; বৈ—লেপ্পমক; ত্বাম্—নঙবু; অকিঞ্চন-গোচরম্—লম্বুম-লৈজদ্রবা মীতনা উংকম থোকপা।

## মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মপোক, মরন, মহৈ, ফজবা মশক্না অম্বুম অম্বুম হেন্জংলকপদগী ময়াই কারবা মীতানা-লম্বুম মচেৎ অমকাওবা লৈজদ্রবা মীতনা উকম থোকপা নহাকপু কৌবদি মতীক চাদে।

## নৈনরোল

প্রাকৃত ওইবা মওংগী চাওখৎপা হায়বসে অচৌ অশাংগী ইমুঙদা পোকপা, লম্বুম য়াম্না লৈবা, বিদ্যা লৈবা অমসুং শক-চু ফজবা হায়বসুনি। সংসারী পুম্নমক্না হায়রিবা সংসার-বিষয়গী ওইবা লম্বুমশিংসি লৈনবা হোৎনবদা ঙাওরবনি। মসিগুম্ববু প্রাকৃত ওইবা সভ্যতাগী চাওখৎপা কৌই। অসিগুম্বা লম্বুমসি লৈরবা মীতানা নাপল কারকই অমসুং তুংকোইদবা মরলশিংগীদমক ময়াই কারকই। মরমসুনা মরল লৈবগী ময়াই-কারবা মীতাশিংনা ভগবানবু "হা গোবিন্দ, হা কৃষ্ণ" হায়সুনা থবাই য়াওনা পামজনা কৌজবা ঙমজদে। হরিগী নাম অমুক্তং শোনবদা কোক্কদবা পাপকী মশীংসু লোইনমক কনামতনা তৌবা ঙমদে হায়না শাস্ত্রদা হায়রি। হরিনাম শোনবগী শক্তিদি অম্বুম্না কল্লি। শাস্ত্রগী রাফমসিদা শম্না অমকাওবা হেন্জন্না হায়বা য়াওদে। তশেংবমক ভগবান্গী পবিত্র নামসিদা অসিগুম্বা অকনবা শক্তি য়াওরিবনি। অমুম্নদি ওইরগা নাম শোনবগী গুণ মখল অমদি চেন্দবা য়াদে। মসুদি শোল্লিবা মীসুগী থবাই য়াওবদা লৈরে। গতি-লৈত্রবা মী অমনা শোনবদি মথবাই মঙা য়াওনা শোন্গনি, অমসুংগা মরলমথুম্ লৈসুনা পেল্লবা মীতাসুদি হরিগী পবিত্র নাম অসি শোন্বদা অসুক য়াম্না থবাই য়াওরোই। লম্বুম্না ময়াই-কাবা মীনা মরক মরক্তা হরিগী কোলোই মিংলেন শোন্বা য়াই, অমসুংগা মাগী মশোন্দুদি থবাই-য়াওবগী মশোন ওইরোই। মরমসুনা, সংসারগী চাও-খৎপা, হায়বদি (১) অচৌ-অশাঙগী মপোক, (২) মরাংকায়বা লন, (৩) অৱাংবা থাক্কী শিক্ষা অমসুংগা (৪) ফজবা শক—ময়ামসে লৈবদি পরমার্থগী অকারম ফংবা ঙমদনবগী মরম্নি। মনুঙ শেংদবা হকচাঙগী পান্গী শক্তম লাইহৌনা ওইবগুম আত্মাবু কুপ্লিবা হকচাঙ-কুয়োমসিসু পান্গীদ-ওইবা শক্তম অমনি। ময়াম্না তৌনবদি লাইহৌগী চাং হম্মনবা তৌয়ি অমসুনা লাইয়েং শেরান্নবা লাইহৌ হেন্জংহন্নবদি তৌদে। করিগুম্বা মতমদা উবা ফংববু পরমার্থগী অকারমদা য়াম্না চঙশল্লবা মীতানা লম্বুম মনামতা লৈতসুনা নংবা য়াওয়ি। মসুদা পুক্নীং হন্গদবা নত্তে। অমরোমদা হায়রগা, অসিগুম্বা লৈত-লায়রবদি লাইহৌগী মৈশা হুম্বরকপগুম্না অকবা খুদম অমনি। লম্বুম লৈবদগী ময়াই-কাবগী চাং হম্বহন্নবনা পুক্নি-মরেন অচুম্বনি, মরমদি লম্বুমগীদমক ময়াই-কাবনা পুক্নি-ফিদম করিনো হায়না থিরকপদা হেন্না হেন্না ঙাওহল্লী। মপং ফংনা ঙাওরবা মীতাশিংদি ভগবান্গী ধামদা চঙবদা মতীক পুঙচা-চাদে।

## শ্লোক ২৭

**নমোঽকিঞ্চনবিত্তায় নিবৃত্তগুণবৃত্তয়ে।**
**আত্মারামায় শান্তায় কৈবল্যপতয়ে নমঃ॥ ২৭॥**

## শব্দার্থ

নমঃ—খুরুমজৈ; অকিঞ্চন-বিত্তায়—সংসারগী লল্লৈতবগী লন ওইরিবা নঙোন্দা; নিবৃত্ত—প্রাকৃত গুণশিংগী বাংমগী; গুণ—প্রাকৃতগুণ; বৃত্তয়ে—পাম্বা; (নিবৃত্তগুণবৃত্তয়ে—ধর্ম্ম-অর্থ-কাম-মোক্ষগী মশক-ওইবা বিষয়বু পাম্দবা); আত্মারামায়—মথন্তনা মুংঙাইজবা ওম্বা নঙোন্দা; শান্তায়—পাখন্নবা নঙোন্দা; কৈবল্যপতয়ে—অরান-খুভম পীবা ওম্বা মপুদা; নমঃ—খুরুমজরি।

## মৈ.তলোন্দা হন্দোকপ'

সংসারগী লম্বুম হায়বহু ক্নামতক্ষাওবা লৈজদ্রবা মীগী লন ওইরিবা নঙোন্দা, সত্ত্বরজঃ তমঃ হায়বা প্রাকৃত গুণগী বাংমদা লৈরিবা নঙোন্দা, আত্মারাম (নশানথন্তনা পেল্প-ওম্বা) নঙোন্দা, পাখন্নবা নঙোন্দা, অহুগা অরান্-খুভম পীনবিবা নঙোন্দা হন্না হন্না খুরুমজৈ।

## নৈনরোল

জীবদি মাগীনি হায়বা করিমতা লৈজদ্রবদা পূঙলোই লোইজরে। মরমহুনা জীব অমতা থাঙ্গে-শেংনা চপচানা হায়বা তারবদি ঙাগী (থাদোক-হৈবা) নত্তে। জীবনা থাদোকপদি থাদোক্লিবা পোৎতুদগী থর হেন্‌বা পোত্তা অমা ফংগে হায়বগীদমক থাদোকপনি। ছাত্র অমনা মাগী ফত্তবা হৈনবীশিংহু থাদোকপদি বিষ্ঠা হেন্না তান্নবগীদমক্লি। মীনাই অমনা মাগী থবক থাদোকপদি হেন্না ফবা থবক অমা ফংনবগীনি। মতৌ অহুগুম্না ভক্তনা সংসার মায়া থাদোকপগী মরমদি অতৈ করিগীদমক নত্তে, পরমার্থগী য়েংলুবদা ফগদবা মরমগীদমক্লি। শ্রীলরূপ গোস্বামী, সনাতন গোস্বামী, শ্রীলরঘুনাথ দাস গোস্বামীনচিংবা মখোয়না সংসারগী লম্বুম, অকে-অমৌনচিংবা থাদোকপদি ভগবান্‌বু সেবা তৌগে হায়বগীদমক্লি। সংসারগী চৎনলোন মতুঙ ইন্না মখোয়সে অচৌবা মীতা ঙাক্লি। গোস্বামীশিংসি বঙ্গদেশ সরকারগী মন্ত্রী ওইরম্বনি অহুগা শ্রীলরঘুনাথ দাস গোস্বামী মতমহুগী অচৌবা জমিদার অমনা পোকপনি। অহুবু মখোয়সিনা মখোয়গী হান্না লৈজরম্বা পূন্নমক হন্দোক্লম্মী। ভক্তশিংদি লম্বুমগী হায়রুরবদি করিমতা লৈজরমদে, অহুম্নদি ওইরগা মখোয়গী অরোৎপা লঙ্গৈদি ভগবানগী খুয়া-থম্বান্না ওই। শ্রীলসনাতন গোস্বামীগী মরমদা ফজরবা ৱারী অমা লৈ। মহাক্কী স্পর্শমণি অমা লৈরম্মী। মণিহু থুনাম-নাঙৈ মরক্তা থনম্মী। অরাৎপদনা মাগী ওইবা নিপা অমনা স্পর্শমণিহু লৌরম্মী; অহুবু মমল অহুক য়াম্লবা পোৎতাবু থুনাম্বা হন্দোককমদা থম্লিবা করিগীনো হায়না খল্লুবদা মহাক ঙকখি। নিপাহুনা মমল খ্বাইদগী হেন্‌বা পোৎ করি লৈবগে হায়রগা মহু ফংগে নিজরম্মী। মহুদা শ্রীলসনাতন গোস্বামীনা 'খ্বাইদগী মমল পূঙহেন্ হেন্‌বা পোৎ পবিত্র হরিনাম' অহু নিপাহুদা পীবিখি। 'অকিঞ্চন'-গী অর্থদি সংসার-বিষয়গী লম্বুম ওইবা করিগুম্বা পোৎ অমতা পীথোক্লঙাই লৈতবা মী হায়বনি। অশেঙবা ভক্ত হায়বদি 'মহাত্মা' অমনা সংসারগী কান্নগদবা পোৎ অমত্তা পীনঙাই লৈতে, মরমদি মহাক্তি বিষয়-সম্পত্তি পূন্নমক হান্নমা থাদোকখরে। অহুম ওইনমক মহাক খ্বাইদগী পূঙথোই-থোইবা লন হায়বদি পরমেশ্বর ভগবান্‌বু পীবা ঙম্মী, মরমদি অশেঙবা ভক্তগী অমতা ঙায়জবা লন হায়ববু ভগবান্ মহাক্তনি। সনাতন গোস্বামীগী থুনাম-নাঙৈলক্তা হন্দোক্লম্বা স্পর্শমণি অহু মহাক্কী মরন নত্তে, মরন ওইরম্মথোইদি অসিগুম্বা মফমদা হন্দোক্লম্লোইদোবনি। থোইদোকপা খুদমসি পীরুবগী মরমদি সাধক ভক্তশিংনা সংসার-বিষয় পাম্বগা পরমার্থগী অকারমগা পুল্লপ চৎমিন্নবা য়াদে হায়বসি খঙজনমু হায়বগীদমক্লি। ঐথোয়না পরমেশ্বর ভগবান্‌গা মরী লৈহন্দুনা পোৎ খুদিংমকপু দিব্য-নি হায়না য়েংলরদি আত্মাগা আত্মা-নত্তবা পোৎকা অনীহু খেন্নমা অহুম উগনি। শ্রীলসনাতন গোস্বামীগুম্বা শিক্ষা-গুরু অমনা, পোৎ খুদিংমকপু দিব্য

হায়বদি প্রাকৃত-নত্তবা ওইনা উবা ঙম্নবসু ঐখোয়গীদমক্তা খুদমসি উৎলম্বনি, মরমদি ঐখোয়গী মাগুম্না দিব্য-দৃষ্টি লৈতে।

বিষয়-সম্পত্তি চাওখৎপা হায়বদি বিষয়-সম্পত্তিগী অভ্যাসে পরমার্থগী অকারমগী লম্বীদা খুদি থীনঙাই ওইবা মকম অমনি। অসিগুম্বা বিষয়-সম্পত্তিগী চাওখৎপা হায়বসিনা জীববু মায়িক দেহগী লাংদা থুহল্লী অদুগা লোয়ননা অবাবা মথল পুম্নমক কংহল্লি। অসিগুম্বা বিষয় সম্পত্তি চাওখৎপসিবু 'অনর্থ' হায়বদি কান্নদবা পোত্তা কৌই। থাঙৈমক শেংনসু মসিমক ওইরিয়নি। বিষয় সম্পত্তিগী চাওখৎপনি হায়না তৌরিবসিদা ঐখোয়না সেন্ট য়াথে তিংনা চীন্দে শীজল্লে; অসুম্না কান্নদ্রবা পোৎ কয়া বিষয়গীদা খনবা পুল্লিগীদমক পুথোক্লগা শীজল্লরি। অসিগুম্বা কান্নদবা পোত্তাশিংদা পুক্নীং থিংজনখিবনা মীওইবা পুল্লিগী তৌদবা য়াত্রবা মরুওইবা আধ্যাত্মিক উপলব্ধি হায়বদু পাঙ-থোকহৌদ্রিঙৈদা মীওইবগী পুমথীৎনা মপাঙ্গল মাঙহনবা হায়বদু ওইরে। থা (চন্দ্র) য়ৌনবা হোৎ-নবসিসু পাঙ্গল মাঙহনবগী খুদম অমনি, মরমদি থা য়ৌবা ঙম্নবসু পুল্লিগী সমস্তা লোইমা কোকহনবদি ঙমদে। ভগবান্‌গী ভক্তশিংবু 'অকিঞ্চন' কৌবগী মরমদি মখোয়গী ঙশেংনমক বিষয়-সম্পত্তি করিমতা লৈতে। বিষয়-সম্পত্তিশিংসি প্রাকৃত গুণ অহুমগী পোখোক ঙাক্তনি। মখোয়সিনা আধ্যাত্মিক শক্তিবু অরেম্বদা তাহল্লি, অদুনা ইন্দ্রিয় বিষয়গী ওইবা পোত্তাশিংসে অদুকী মতীক লৈত্রগা আত্মাগী অকারম অদুকী মতীক খুমাঙ চাওশনগনি।

পরমেশ্বর ভগবান্‌দি মায়াগী কর্ম্মগা মরী সাক্ষাৎ ওইনা লৈনদে। মহাকী থবক পুম্নমক, করি হায়নি, প্রাকৃত জগৎসিদা উৎলম্বা থবকফাওবা, প্রাকৃত নত্তবা (দিব্য) ঙাক্তি অমসুং প্রাকৃত গুণ অহুমগা মরী লৈনদে। ভগবান্‌গী থবক পুম্নমক, প্রাকৃত জগৎসিদা থোরকপা (আবির্ভাব) অমসুং জগৎতগী থ্‌ম্না (তিরোভাব) হায়বসিনচিংবা পুম্নমক দিব্য ঙাক্তি হায়না অদুগা বান্নমসিবু খঙবা মীদি জগৎসিদা অমুক হন্না পোকপদি লায়রদুনা ভগবান্‌গী নাক্তা হনগনি হায়না শ্রীভগবান্ মশামক্তা হায়রম্বদু শ্রীমদ্ভগবদগীতাদা য়াওরি।

ভবরোগ (সংসরগী লায়না) হায়বদু প্রকৃতিবু পামদুনা প্রকৃতিগী মপু ওইবা পাম্বনি। অপাম্বসি প্রাকৃত গুণ অহুম থেঙ্গাইনবদগী থোরকপনি। ভগবান্‌গা ভক্তগদি অসিগুম্বা বিষয়-ভোগ পামদে। মরমদুনা ভগবান্ অমসুং ভক্তশিংবু 'নিবৃত্ত-গুণ-বৃত্তি' (ধর্ম্ম-অর্থ-কাম মোক্ষবু পামদবা) হায়না কৌরিবনি। মপুঙ ফানা ওইরিবা নিবৃত্তগুণবৃত্তি' হায়বদুদি পরমেশ্বর ভগবান্নি, মরমদি মহাকপু প্রাকৃত গুণশিংনা শোকপা ঙমদে, অদুগা জীবশিংবুদি গুণ অহুম্না শোকপা ঙম্মী। মখোয় থরদি মায়া লাংদা থুই।

ভগবান্‌না ভক্তশিংগী মপোৎ মরন ওইবগুম্না ভক্তশিংসু ভগবান্‌গী মরন ওইবনিনা ভক্তশিংসু মায়াগী বাংমদা লৈ। মসি মশানা তাবা বাকম্লি। অসিগুম্বা বিশুদ্ধ ভক্তশিংদি সংসারগী অপাম্বা ফংনীংবা ভক্তশিংগা থেৱৈ। অকোনবগী হায়বদি মিশ্রভক্তিগী ভক্তশিংদি য়ুস্থানবগী অবা-অনং কোক্রবগীদমক ভগবানবু নীঙভি, মখোয় থরমনা চুম্না থঙনীংবদগী মন-বুদ্ধিনা শাগৎপা পাম্বদগী ভগবানবু নীঙভী। বিশুদ্ধ ভক্তশিংগা ভগবান্‌গদি মহৈ মহৈ মুংশিনৈ। অতৈগীদমক্তি ভগবান্না হন্না পীথোক পীশিন তৌনঙাই করিসু লৈতে, মরমদুনা ভগবানবু 'আত্মারাম' মথন্তনা পেঙবা ঙম্বা—হায়না কৌরিবনি। মহাক্তা আত্মারাম ওইবা মরম্না. ভগবান্দা তিন্নীংবা নির্ব্বিশেষবাদী-শিংগী মহাক মপুনি। অসিগুম্বা নির্ব্বিশেষবাদীশিংনা ভগবান্‌গী 'ব্রহ্মজ্যোতি' কৌবা মঙানমুংদা তিন্নী; তৌইগুম্বসুং ভক্তশিংদি ভগবান্‌গী দিব্যলীলাদা চঙঙী; দিব্যলীলাশিংদুবু প্রাকৃত-নি হায়না কদৌঙৈদসু লৌহৈদে।

### শ্লোক ২৮

**মন্যে ত্বাং কালমীশানমনাদিনিধনং বিভুম্।**
**সমং চরন্তং সর্ব্বত্র ভূতানাং যন্মিথঃ কলিঃ ॥ ২৮ ॥**

### শব্দার্থ

মন্যে—ঐনা খল্লী; ত্বাম্—নহাকপু; কালম্—মতম; ঈশনম্—পরমেশ্বর ভগবান্; অনাদি-নিধনম্—অহানবা অরোইবা লৈতবা; বিভুম্—মফম পুম্বা শীনথুংবা; সমম্—চপ মান্নবা থোজানবা; চরন্তম্—চৎপীবা; সর্ব্বত্র—মফম পুম্বদা; ভূতানাম্—জীবশিংগী; যৎ-মিথঃ—অমগা অমগা মরী লৈনবনা মহৈ মহৈ; কলিঃ—খৎনবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

**হে কৃষ্ণ, নহাক পুম্নমক্কী কাল কৌবা লাইহুনি; মরমদি নহাক লোইনমক্কী ঈশ-নি (নোংদম্বনি), নহাক্কী অহৌবা-পোলোই লৈতে, নহাক বিভুনি (পুম্নমক শীন্থুংনা লৈবনি); নহাক মফম পুম্বদা হায়বদি মী খুদিংমক্তা চপ মান্নবা চৎপনি। জীবশিংনা অমগা অমগা মরী লৈনরুবদগী খৎনরিবনি।**

### নৈনরোল

কুন্তীদেবীনা শ্রীকৃষ্ণবু মহাক্কী মবুঙনা পোকপা ময়ামুপা নত্তে হায়বা অমুগা মপামগী কনাগুম্বা অচম্বা মী অমত্তু ওইদে হায়বা খঙলম্মী। শ্রীকৃষ্ণসি মী খুদিংগী থম্মোইমুংদা পরমাত্মা ওইনা লৈবা আদিপুরুষ ভগবানত্থুনি হায়বা মহাক খঙলম্মী। পরমাত্মা ওইবা ভগবান্গী মিং অমনা কাল হায়বদি খম্বা নাইদবা মতম কৌই। কাল অসিনা ঐখোয়না তৌবা অফবা ফত্তবা থবক পুম্নমক্কী সাক্ষীনি। মরমসিনা কর্ম্মফলগী নোংদম্বত্তু মহাক্নি। ঐখোয়না অরাবা নংলিবসি করিগীনো নত্রগা করি মরমগীনো হায়বা ঐখোয়না খঙদে হায়বসি হায়রুত্থুনা কান্নদে। হৌজিক হৌজিক ঐখোয়না অরাবা নংলি-বসিগী মরম ওইবা ফত্তবা থবক অমু ঐখোয়দি কাউবা য়াই, অদুবু পরমাত্মাদি ঐখোয়গা মতম পুম্নমক্তা লোয়নবনি মরমত্থুনা মহাক্না ভূত (হৌরবা), ভবিষ্যৎ (লাক্কদৌবা) অমুগা বর্ত্তমান (হৌজিক হৌজিক ওইরিবা) থবক খুদিংমক খঙবনি হায়বসিত্তু ঐখোয়না নীংশিংগদবনি। ভগবান্ কৃষ্ণগী পুরুষাবতার পরমাত্মানা কর্ম্ম অমসুং ফলাফলগী নোংদম্বনি হায়বা মরম্না মহাক নোংদম্বা মকোক্নি (ঈশ-নি)। মাগী য়াথং নত্তনদি নাপী মকা অমফাওবা লেঙবা ঙমদে। জীবশিংদা মখোয়গী ফংফম থোকপা নীঙতম্বদো (স্বতন্ত্রতাদু) পীনবী, অমুগা নীঙতম্বদুবু শেরান্নবা শীজন্নবনা মীওইবগী অরাবগী মরম্নি। ভগবান্গী ভক্তশিংদি মখোয়গী নীংতম্বদো শেরান্নবা শীজন্নদে, মরমত্থুনা মখোয় ভগবান্গী মতীক চাবা মচা ওাক্নি। মশাগী নীঙতম্ববু শেরান্নবা শীজন্নরবা মীশিংবুনা খম্বা নাইদবা কাল অমুনা অরাবদা তাহল্লি। কাল মহাক্না মায়াবদ্ধ জীবশিংদা অরা মুংঙাই অনীমক তম্বী। মসি হান্নদগী খম্বা নাইদবা মতম্না নোংদম্নরুবনি। ঐখোয়না পামনিংলুদবা অরাবা কয়া ফংবগুম ঐখোয়না ফংজগে হায়রুদবা মুংঙাইবত্তু ঐখোয় ফংবা য়াই, মরমদি অরা-মুংঙাই পুম্বদো কাল মহাক্না হান্নদগী তম্নরুবনি। মরমসিনা কনামতা ভগবান্গী য়েক্নবত্তু নত্তে মক্কপত্তু নত্তে। মী খুদিংমক মশাগী মরায়বক্না তম্বা মতুং ইন্না অরা-মুংঙাই ফংলিবনি। মরাবক অসে জীবশিংনা মখোয় মশেল মরী থম্নরুবদগী শেমজখিবা ওাক্তনি। জগৎসিগী মী খুদিংমক প্রকৃতিগী মপু ওইনিংঙী, অমুনা মী খুদিংমক পরমেশ্বর ভগবান্গী মিংয়েংথাদা মশা মশাগী লাইবক শেমজে। ভগবান্দি বিভু-নি (পুম্নমক শীন্থুংনা লৈবনি) মরমত্থুনা মী খুদিংমক্না তৌবা থবক লোইনমক মহাক্না উবা ঙম্মী। ভগবান্দি অহৌবা-পোলোই লৈতবা ওইবনা মহাকপু খম্বা নাইদবা মতম হায়বদি কাল হায়না খঙনৈ।

### শ্লোক ২৯

**ন বেদ কশ্চিদ্ভগবংশ্চিকীর্ষিতং তবেহমানস্য নৃণাং বিড়ম্বনম্ ।**
**ন যস্য কশ্চিদ্দয়িতোঽস্তি কর্হিচিদ্ দ্বেষ্যশ্চ যস্মিন্ বিষমা মতির্নৃণাম্ ॥ ২৯॥**

### শব্দার্থ

ন বেদ—খঙদে; কশ্চিৎ—কনামতনা; ভগবন্—হে ভগবান্; চিকীর্ষিতম্—লীলা; তব—নহাক্কী; ইহমানস্য—সংসারীগুম্না; নৃণাম্—মী খুাইগী; বিড়ম্বনম্—শেরান্নবা উহনবা; ন—কৈদৌঙৈদস্সু নত্তে; যস্য—(ভগবান্) মহাক্কী; কশ্চিৎ—কনামতনা; দয়িতঃ—মুংশিবগী মফম; অস্তি—লৈ; কর্হিশ্চিৎ—মফম অমদা অমদা; দ্বেষ্যঃ—কলক-য়েংথিফম; যস্মিন্—(ভগবান্) মঙোন্দা; বিষমা—মীচঙ-মীখায় নাইবা; মতিঃ—পূকচেল; নৃণাম্—মী খুাইগী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে ভগবান্, উবদা মীওইবশিংনা তৌবা মানবা অদুগা শেরান্নবা খলহল্লিবা নঙগী দিব্য লীলাশিংবু কনামতনা খঙদে। নহাক্কী থোইদোকপা অচানবা মীস্সু লৈতে অদুগা কল্লক-য়েংথিনঙাই ওইবা কনামতা লৈতে। মী খুাইতনা নহাকপু মীচঙ মীখায় নাইবনি হায়না খনবতনি।

### নৈনরোল

লৈখাতারবা (পতিত) সংসারীশিংগী মফমদা ভগবান্গী থৌজান্দি চপ মান্নবা য়েন্থোকপনি। মহাক্কী থোইদোকপা য়েংথিনবস্সু কনামতা লৈতে। পরমেশ্বর ভগবান্বু মীওইবা অমনি হায়না লৌবদুমক রাখল শেরান্নরবা অমনি। মহাক্কী থবকশিংদি মীওইবা অমগীগুম্না উরবস্সু দিব্য লীলা ঙাক্তনি, মথোয়দুদা মায়াগী অমোংপা চুদা করিমতা য়াওদে। মহাক মহাক্কী ভক্তশিংগী মীচঙ চঙভী হায়বসিদি করিমতা চিংননঙাই লৈতনা খঙনরিবনি, অদুবু মহাক্তি তশেংনমক কদৌঙৈদস্সু মীচঙ মীখায় নাইদে, মদুদি নোংদোন-থক্কী মুমীৎনা মীচঙ মীখায় নাইদবগুম্বনি। মুমীৎকী মঙাল শীজন্নবদগী মুঙ ফাওবা মমল য়াম্বা পোৎ ওইরবই, অদুবু মীৎতাঙবা মীনদি মমাঙদা মুমীৎকী মঙাল মরাঙ কান্নবা লৈরবফাওবদা মুমীৎপু উবা ফংদে। অমম-অঙাল হায়বসি য়েংথিনবা পোত্তানি, অদুবু অসি হায় হায়দুনা মুমীৎনা মঙাল যেনবদা মীচঙ মীখায় নাইবা তৌদে। মুমীৎকী মঙান্দি মী খুদিংদা লাম্থোক্তুনা পীবনি; অদুবু মঙাল লৌশনগদবা পোৎ ময়ামদুগী মপাঙন্দি অমগা অমগা থেন্নে। ভগবান্বু ভক্তি তৌবা হায়বসি করিগুম্বা কৃপা অমা ফংননবগীদমক মঙোন্দা চীরোন তৌবনি হায়না অপঙবা মীতাশিংনা খল্লী। অওইবমক্তি ভগবান্বু দিব্যভাব-তা মুংশিনা সেবা তৌজবা বিশুদ্ধ ভক্তশিংদি লল্লোনবা কাঙবু নত্তে। লল্লোনবগী শঙদদি পোৎকী মমল লৌরগা মীগী সেবা তৌই। বিশুদ্ধ ভক্তদি অসিগুম্বা মহুৎ-মরায় থিদুনা ভগবান্গী সেবা তৌদে, মরমদুনা ভগবান্না মহাকপু মপুঙফানা থৌজাল্লি। অরাবা মী (অর্ত্ত), শেন-পাম্বা মী (অর্থার্থী), খঙনীংগনবা মী (জিজ্ঞাসু) অমদি জ্ঞানী মথোয়সিনা মশা মশাগী অপাম্বা অমা ফংননবগীদমক ভগবান্গা মতম খরগীদমক মরী থম্মী। অপাম্বদু ফংলবা মতমদগীদি মথোয়গা ভগবান্গা মরী লৈনদে। অনাবা মী অমনা ধর্ম্ম পাম্বা মী ওইরগদি মহাক্কী নাবা কননবগীদমক ভগবান্দা প্রার্থনা তৌজে। মহাক্কী অনাবদু হেক ফবগা অনাবশিংদুগী অয়াম্বা মীতানা ভগবান্গা মরী থম্নবগীদমক খোশাবা হায়বদু তৌদ্রে। ভগবান্গী কৃপাদি অদুম মাগীদমক লাম্থোক্তুনা লৈ, অদুবু মহাক্নদি কৃপাদু লৌমিঙলমদ্রে।

মহুনি বিশুদ্ধ ভক্তগা মহূৎ-পাম্বা ভক্তগা অনীগী খেন্নবহু। ভগবান্গী সেবা সুক্তৌ-তৌনীংদবা মীতাশিংবু তুরুচরবা অমম্বগী মনুঙদা লৈ হায়না খন্নে; মখোয় মখোয়গী কান্নগদোবা মতমদদা ভগবান্গী কৃপা নিবা মীতাশিংনা ভগবান্গী কৃপা মচেৎতমক ফংঙী; অহুগা মতম পুন্নমক্তা ভগবান্গী-দমক্তা হায়হুনা ভগবানবু সেবা তৌবা মীতাশিংনা ভগবানগী কৃপা মপুঙফানা ফংঙী। কৃপা ফংবা মীতা মীতাহুগী লৈনরিবা সম্বন্ধ মতুংইন্না ভগবান্গী কৃপাহু মীচঙ-মীখায় নাইবরোই উবনি, থোজাল -হৈবা ভগবান্না মীচঙ-মীখায় নাইবনা নত্তে।

ভগবান্না মহাক্কী থোজান-হৈবা শক্তি শীজন্নহুনা প্রাকৃত জগৎসিদা নোংশুন্নকপা মতমদা মহাক মীওইবা অমা ওইনা লীলা শান্নবিখি, মরমহুনা মহাক্কী ভক্তশিংদগী মীচঙ চঙবোইদা মান্‌খিবনি, তশেংবদি মহু অওইবা নত্তে। মীচঙ-মীখায় নাইবা মাল্লবস্নু মাগী কৃপাদি চপমান্নবা য়েল্লমী। কুরুক্ষেত্রগী লান্দা ভগবান্গী মমাঙমক্তদা লান তৌরগা শিখিবা মীশিংহু মুক্তিগী শুপ কন্নিমতা চেন্দ্রবন্নু মুক্তি (অরান্-খুভম) ফংখি, মরমদি ভগবান্গী মমাঙমক্তদা শিবা হায়বসিনা শিরিবা মীহুগী পাপ পুন্নমক কোকথোকপি, মরমহুনা শিরিবা মীহুনা দিবা ধামদা মফম অমা ফংজে। কনাশুম্বনা করিনো উপায় অমা তৌহুনা হুমীংকী মঙান্দা মশাবু থন্নবদি মৈশা অমম্বুং মঙাল অনীমক্তা পীবা কান্নবহু মহাক্কা ফংঙী। মরমসিনা, লৌশন্‌গদবা রা হায়রবু ভগবান্দি মীচঙ-মীখায় নাইদে হায়বসিনি। ময়াম্না ভগবান্বু মীচঙ-মীখায়-নাইবনি হায়না খন্‌বহু লাল্লী।

শ্লোক ৩০

**জন্ম কর্ম্ম চ বিশ্বাত্মন্নজস্যাকর্ত্তুরাত্মনঃ।**
**তির্য্যঙ্‌নৃষিষু যাদঃসু তদত্যন্ত বিড়ম্বনম্ ॥ ৩০ ॥**

শব্দার্থ

জন্ম—পোকপা; কর্ম্ম—থবক; চ—অমসুং; বিশ্ব-আত্মন্—হে বিশ্বগী আত্মা ওইবা; অজস্য— পোকপা -নাইদবগী; অকর্ত্তুঃ—থবক-তৌদবগী; আত্মনঃ—পরমাত্মাগী; তির্য্যক্—শা; নৃ—মীওইবা; ঋষিষু—ঋষিশিংদা; যাদঃসু—ঈশীংদা; তৎ—মহু; অত্যন্ত—য়াম্না; বিড়ম্বনম্—ঙকশাইনি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

বিশ্বজগৎকী আত্মা ওইবা হে প্রভু, নঙদি পোকপানাইদবা অনাদিনি, থবক-লৈতবনি, নহাক পরমাত্মা অন্তর্য্যামীনি; নঙনা শাগী লীলাদা (বরাহ-নচিংবা) ওইনা, মী ওইনা শান্নবা লীলাদা (রাম-নচিংবা) ওইনা, ঋষি-লীলাদা (নরনারায়ণচিংবা) ওইনা, জলজন্তু-লীলাদা (মৎস্য-নচিংবা) ওইনা পোল্লগা থবক ময়াম তৌখিবদো য়াম্না ঙকশাইনি।

নৈনরোল

ভগবান্গী দিব্য-লীলাশিংদি ঙকশাই ওইবতা নত্তনা থবক মতাহু মশানা মশাবু করুশাই ওইনা উনৈ। অমরোম্না হায়রগা, মীওইবগী রাখল থন্নবগী শক্তি-শুমথৈ-নাইবা অসিনা থন্নগা লান্না ফংদবা থবক ঙাক্তি মহাক্কী লীলাশিংদি। ভগবান্দি মফম-পুম্বা শীন্নুংবা অন্তর্য্যামী পরমাত্মানি। অহুবু মহাক শান্নক্তা ওকী (বরাহগী) মূর্ত্তি লৌহুনা, রাম-কৃষ্ণ-নচিংবা মীওইবগী মক লৌহুনা, নারায়ণচিংবা

ঋষিগী রূপ লৌহনা অমুগা ঈশীঙ জন্তু-লক্তা ঙা অমগী শক লৌহনা থোরকই। মহাক অজ-নি (পোকপা নাইদবনি) অমুগা থবক লৈত্তবনি হায়না হায়। পরমেশ্বর ভগবান্গী থবক তৌনীঙ্ঙাই করিস্নু লৈতে হায়না শ্রুতি মন্ত্রদা হায়রি। মহাক্না মাম্লবা অমা লৈতে অমুগা মঙোন্দগী হেনবস্নু লৈতে হায়নস্নু হায়রি। মহাকী শক্তিদি য়ামখ্রে। মহাক্না থবক খুদিংমক মহাকী মথক্তমক ওইরকপা জ্ঞান, বল (পাঙ্গল) অমদি থৌদোনা খুৎলাই ওইরগ মপুঙ ফানা পাঙথোকই। বচন ময়ামসিনা কবিমতা চীংননঙাই লৈতনা প্রমাণ তৌরিবদি ভগবান্গী লীলাশিং, রূপশিং অমসুং থবকশিং পুম্নমক ঐখোয়গী ঙমখৈ নাইবা বুদ্ধি শক্তিনা লাম্বা ঙম্বা নত্তে হায়রমসিনি। মরমদি মহাক রাখল্লা লাম্বা ফংদবমখৈ শক্তিমান্ ওই অমুগা মঙোন্দদি থবক খুদিংমক ওইথোকপা ঙাক্তনি। মরমসিনা মহাকপু চপ চানা কনামত্তনা অসিনি হায়না হায়বা ঙমদে। ভগবান্গী থবক খুদিংমক মীচমশিংনদি ঙক্তঙাই ঙাক্তনি। বেদজ্ঞান লৈরবস্নু মহুগী মতেঙনা মাবু খঙবা ঙমদে, অমুবু মাগী বিশুদ্ধ ভক্তশিংনদি লায়না মাবু খঙবা ঙম্মী, মরমদি মখোয়দো মহাক্না মসুং হুগুম্না মবী থম্মী। মরমসিনা ভক্তশিংনা, মহাক শাবক্তা শা ওইনা অবতার তৌরবস্নু, মহাক শা নত্তে নত্রগা মী নত্তে নত্রগা ঋষি অমা নত্তে নত্রগা ঙা নত্তে হায়বহু খঙঙী। ফীভম পুম্বদা মহাক অমুম লেঙদনা পরমেশ্বর ভগবান্ ওইদুনা লৈ।

## শ্লোক ৩১

**গোপ্যাদদে ত্বয়ি কৃতাগসি দাম তাবদ্ যা তে দশাশ্রুকলিলাঞ্জনসম্ভ্রমাক্ষম্।**
**বক্ত্রং নিনীয় ভয়ভাবনয়া স্থিতস্য সা মাং বিমোহয়তি ভীরপি যদ্বিভেতি ॥ ৩১ ॥**

### শব্দার্থ

গোপী—গোপগী মুপী (যশোদা); আদদে—লৌথৎলম্মী; ত্বয়ি—নঙোন্দা; কৃতাগসি—(মাখন চফু থুগায়রগা) মুংঙাইতনবা তৌবা; দাম—থৌরী; তাবৎ—মতমমহুদা; যা—মহু; তে—নহাকী; দশা—ফীভম; অশ্রু-কলিল—পিরাং চেল্লবা; অঞ্জন—কাজল; সম্ভ্রম্—লাঙতক্লবা; অক্ষম্—মীৎ; বক্ত্রম্—মায়থোঙ; নিনীয়—লুকথরগা; ভয়ভাবনয়া—কিবগী রাখলনা; স্থিতস্য—লৈবগী; সা—মহুনা (দশাহুনা); মাম্—ঐবু; বিমোহয়তি—ঙকহল্লে; ভীঃ—অকিবা কৌবহু; অপি—সু; যৎ—মাবু; বিভেতি—কি।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে মুংশিরবা কৃষ্ণ, নহাক্না (মাখন চফু থুগায়রুবগী) নরান্গীদমক যশোদানা নঙবু পুনগে হায়বগীদমক থৌরী পায়থৎলকখি, অমুগা লাঙতক্লরবা নমীৎ অনীমু পিরাংনা থ্মহৎলম্মী, পিরাংহুনা নমীত্তগী কাজল চামথোকখি। অকিবা কৌবা লাইহুনা কিরিবা নহাক্না নমাবু কিখি। নতৌমু উবদা ঐ পুঙক ঙকখি।

### নৈনরোল

ভগবান্গী লীলানা ঙকহনবগী 'মরম তাকপা বা অমসু অসিদা লৈরে। হান্নমা হায়খিবহুনি পরমেশ্বর ভগবান্দি ফীভম খুদিংমক্তা পরমেশ্বর ভগবান্ ওইদুনা অমুম মরৈ। ভগবান্না পরমেশ্বর ওইনা ওইনা মতম অমতদা মাগী শুদ্ধ ভক্তশিংগী মমাঙদা লাম্নপোৎ অমগুম লৈবগী থোইদোকপা থুদম অমা অসিদা লৈ। ভগবান্গী শুদ্ধ ভক্তনা ওইজ-খিদবা প্রেমদগী ভগবান্গী লেখা তৌই,

অদুগা অসুম্না প্রেম সেবা তৌবা মতমদা শুদ্ধ ভক্তদুনা ভগবান্ ঈশ্বরনি হায়বদু কাউই। পরমেশ্বর ভগবান্নসু মাগী ভক্তশিংগী প্রেম সেবা অদু হেন্না হাউবগা লোয়ননা লৌয়ি, করম্বা মতমদা লৌবগে হায়ববু মক্ত্বা প্রেমদগী মথন্তনা ওইফম থোকপা সেবা মতৌদু তৌবা অদুগা অদু তৌবদা গৌরব-বুদ্ধি (থক-থোংবা প্রভুনি হান্নবা) য়াওদবা মতমদা। অয়াম্বা মতমদা ভগবান্‌বু ভক্তশিংনা গৌরব-বুদ্ধিগা লোয়ননা পূজা তৌয়ি। অদুবু ভগবান্নদি মাগী ভক্তদুনা শুদ্ধ-প্রেমদগী ভগবান্‌বু ভক্ত-মশাদগী হুম্ববা অমা ওইনা খল্লবা মতমদা থৌওইনা মদুতদা পেঙ্গে। মূল ধাম গোলোক বৃন্দাবন অদুদা শান্নবা ভগবান্‌গী লীলাশিংদি হায়গ্রিবা পুকচেন্দা শান্নবা ঙাক্তনি। কৃষ্ণগী সথাশিংনা মহাকপু মথোয়গুম্বা অমনি হান্নবা লৌয়ি। মথোয়না মহাকপু মথোয়দগী হেন্‌বা অমনি হায়না গৌরব-বুদ্ধিগী মীৎয়েংদা য়েংদে। (মাগী শুদ্ধ ভক্ত ওইরিবা) মমা মপানা মহাকপু মচানি হায়বতা খল্লী। বেদস্তুতিবুদি মমা মপানা রারক-রাতেঙ্গগী মীচৈদুবুনা হেন্না হরাওন। তায় ভগবান্না। মতৌ অদুগুম্না মাগী মুংশিনবী ব্রজসুন্দরীশিংনা চৈরাকপদু বেদ-স্তুতিদগী হেন্না তানিঙনা তায়। ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনা মাগী দিব্যধাম গোলোক বৃন্দাবনগী নিত্য লীলাশিংদু উৎলগা জগৎকী মীশিংগী পুক্লীং চিংশিন্নবা হায়দুনা প্রাকৃত জগৎসিদা লেঙথরক্লম্বা মতমদুদা মানা মাগী অয়োকপী মমা যশোদাগী মথাপোন্‌বা মচা ওইবগী অঙকপা মতৌ অদু উৎখি। ভগবান্না মাগী অঙাঙ-নরা ওইবগী হৌনশা শান্নরম্বা মতমদা মমা যশোদানা লীদুনা থম্বা মাখনগী চফু থুগায়রগা সথাশিংগা য়েন্নদুনা চাবদগী হেন্দোক্তনা বৃন্দাবনগী খ্বাইনা খঙনরিবা য়োংয়ামদসু পীজথোকখি। মদু উবদা যশোদানা মাগী শুদ্ধ-প্রেম্না থুমহৎখিবনা মীচম নত্তবা মচাদুবু রারককে-রাতেমগে তৌখি। মীচমগী ইম্নুংশিংদা তৌনবগুম্না যশোদানা থৌরী অমা লৌরগা কৃষ্ণবু পুন্‌গদৌবগী কিহল্লম্মী। মমা যশোদাগী খুত্তা পায়রিবা থৌরীদু উবদা কৃষ্ণনা মরায় লুকথরম্মী অদুগা অঙাঙ-মচা অমনা কপ্পগুম্না কপ্পা হৌখি, অদুগা পিন্নাং শিন্থদুনা ফজরবা মীৎ অনীদুদা তৈরম্বা অমুবা কাজল অদু পুঙকোক কোক্লম্মী। ভগবান্‌গী ওইখিবা ফীভম অদুবু কুন্তী দেবীনা লুনা নীংভখি মরমদি শ্রীকৃষ্ণ ভগবান্নি হায়বদু কুন্তী দেবী খঙলম্মী। মহাকপু অকিবা কৌবা অদুনযাওবা কিরিবনি, অদুগদি মমানা ইচম চম্বা মওংদা মাবু শাস্তি পীগে হায়বা মতমদা মহাক্লা মমাবু কিরম্মী। কুন্তী দেবীদি ভগবান্‌গী অরাংবা পদবীদু খঙলম্মী, যশোদাদি খঙলমদে। মরমসিনা যশোদা দেবীনা কুন্তীদেবীদগী হেন্না রাংবা থাক্তা লৈখি। যশোদানা ভগবান্‌বু মচা ওইনা ফংজখি অদুগা ভগবান্নসু মহাক ভগবান্নি হায়বসে মমা যশোদাবু কাউহন্‌খি। মমা যশোদানা মচাবু ভগবান্নি হায়বা খঙলম্নবদি ভগবান্‌বু শাস্তি পীবদা চিংনরমগদবনি। অদুবু মদু পূম্নমক যশোদাবু কাউহন্‌খি মরমদি ভগবান্না মুংশিহৈবী মমাগী মমাঙদা অঙাঙ পুরা মান্নবা লীলা উৎনীঙলম্মী। মমা-মচা অনীগী মুংশিনজবা মতৌসি মতৌ মান্না থোকহন্‌খি; কুন্তীনা দৃশ্য অদু নীঙশীঙলুরগা ঙকচখি অদুগা দিবা ওইবা বাৎসল্য প্রেমদুবু থাগৎপা নত্তনা করিস্থ তৌজবা ঙমখিদে। সর্ব্বশাক্তিমান্ ভগবান্‌বু মাগী মুংশিরবা মচা অমা ওইনা খুত্তুম চন্‌বা মমা যশোদানা ঙমখিবদা মহাকী ময়ামগা মান্নদবা বাৎসল্য-রসগীদমক মহাকপু থাগৎলম্মী।

### শ্লোক ৩২

**কেচিদাহুরজং জাতং পুণ্যশ্লোকস্য কীর্ত্তয়ে।**
**যদোঃ প্রিয়স্যান্ববায়ে মলয়স্যেব চন্দনম্ ॥ ৩২ ॥**

### শব্দার্থ

কেচিৎ—কনা কনানা; আহুঃ—হায়; অজম্—পোকপনাইদবা মহাক্না; জাতম্—পোকপা; পুণ্য-শ্লোকস্য—পুণ্যচেন্‌বা নিংথৌগী; কীর্ত্তয়ে—মিংচৎকীদমক; যদোঃ—যদু নিংথৌগী; প্রিয়স্য—মুংশিবা মাগী; অন্ববায়ে—শাগৈদা; মলয়স্য—মলয় চীঙগী; এব—গুম্না; চন্দনম্—চন্দন।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

পোকপা-নাইদবা মহাক্না পুণ্য-চেন্‌বা নিংথৌশিংগী মিংচৎকীদমক পোকয়ি হায়না কনা কনাগুম্বনা হায়নৈ। কনা কনানা হায়—নঙগী মুংশিবা ভক্ত যদুনিংথৌ মায় ওইনবগীদমক পোকপনি। মলয় চীঙগী চন্দনমা ওইবা মতৌগুম্না মহাক্না যদু শাগৈগী ওই।

নৈনয়োল

ভগবান্না প্রাকৃত জগৎসিদা থোরকপসে গুরুঙাই মরম ওইবনা পোকপা-নাইদবনা পোকপগী মরমদা মত তোঙান্-তোঙানবা লৈ। ভগবদগীতাদা ভগবান্না হায়—মহাক সৃষ্টি পুম্নমকী মবুঙো ওইরবসু অদুগা পোকপা নাইত্রবসু মহাক প্রাকৃত জগত্তা পোকয়ি। মরমদুনা পোকপ-নাইদবসু পোকয়ি হায়বসিদা য়াদনঙাই করিমত্তা লৈত্তে মরমদি রাকমসি চুম্মী হায়না ভগবান্ মশামক্না হায়রিবনিনা। অদুম ওইনমক মহাক্না পোকপগী মরম করিনো হায়বগী মতাঙদা মত তোঙান তোঙান পীনৈর্প মতুসু ভগবদগীতাদা ময়াওরি। ধর্ম্ম-নীঙথিনা অমুক হন্না লিংননবগীদমক অদুগা সাধু-বৈষ্ণবশিংবু ঙাকশেন্নবগীদমক অমসুং সাধু-নত্তবা মীশিংবু লোইশন্নবগীদমক ভগবান্না মাগী যোগমায়াগী মপান্থাংদুনা মহাক অবতার তৌয়ি। পোকপা-নাইদবা মহাক্না থোরক্লগা তৌগদবা থবক্তি অদুনি। অদুমক্তদা, ভগবান্না নোংগুম্বীরকপদি পুণ্যচেন্‌বা যুধিষ্ঠির মহারাজবু মিংচৎহন্‌গে হায়বগীদমক্তি হায়না হায়রি। জগত্তা লৈরিবা পুম্নমকী য়াইফনবগীদমক পাণ্ডবশিংগী রাজ্য অমা লিংখৎপদু শ্রীকৃষ্ণনা পামখি। পৃথিবীগী পুণ্যচেন্‌বা নিংথৌ অমা লৈরবা মতমদা প্রজা মীয়াম্না নুংঙাইনা পাজে। নিংথৌনা পুণ্য ওইবা থবক তৌত্রবদি প্রজা মীয়াম্না নুংঙাইবা ফংদে। কলি যুগ-তদি নিংথৌ অয়াম্বা যত্তে, মরমদুনা প্রজাশিংসু তত্তনা নুংঙাইনা পান-ঙমদে। গণতন্ত্র চৎপা মতমদদি অসাধু ওইবা প্রজাশিংনা মখোয়গী মথক্তা শাসন পায়নবা মরম্নাই মীচুৎ খঞ্জে, মরমদুনা মখোয়না নুংঙাইবা ফংদ্রে হায়বগী কনাদসু মরাল শীরুবা ঙমদে। নল মহারাজসু ফচৌবা পুণ্যচেন্‌বা নিংথৌনি হায়না মিংচৎখি, অদুবু মহাক্না শ্রীকৃষ্ণগা সম্বন্ধ থনমদে। মরমসিনা ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনা মিংচৎহন্নিঙবা মীদি যুধিষ্ঠির মহারাজনা ওইরিবনি। মহাক্না যদুবংশদা পোকপিদুনা যদু নিংথৌগী মিংসু জগত্তা খঙহল্লমী। ভগবান্দি কনাগীসু লমন তোল্লবসু মহাক যাদব, যদুবীর, যদুনন্দন হায়বনচিংবা মিংনা খঙনৈ। মহাক মলয়-চীঙদা হৌবা চন্দন পাম্বীগুম্বনি। উপাম্বী হায়বসে মফম অমদসু অমদসু পঙহৌ হৌরিবনি, অদুবু চন্দন পাম্বী অয়াম্বদি মলয়-চীঙগী লমদমদা হৌবনিনা চন্দন হায়বা মিংসিগা মলয়-চীঙগা মরী লৈনহল্লী। মরমসিনা, হায়গদবা রা হায়ববু ভগবান্দি সূর্য্যদেবগুম্না পোকপা নাইদবনি, অদুবু অতিয়াগী নোংপোক মায়কৈদা নুমীৎ থোরকপগুম্না মহাকসু থোরকই। নুমীৎনা নোংপোক মায়কৈগী নুমীৎনি হায়বা য়াদবগুম্না ভগবান্‌সু কনামতগী মচা নত্তে, অদুগা মহাক্তি লৈরিবা পুম্নমকী অপোকপনি।

শ্লোক ৩৩

**অপরে বসুদেবস্য দেবক্যাং যাচিতোঽভ্যগাৎ।**
**অজস্ত্বমস্য ক্ষেমায় বধায় চ সুরদ্বিষাম্ ॥ ৩৩ ॥**

শব্দার্থ

অপরে—অতৈনা; বসুদেবস্য—বসুদেবগী; দেবক্যাম্—দেবকীগী; যাচিতঃ—নিজবা ওইনা; অভ্যগাৎ—পোকখি; অজঃ—পোক্তবা; ত্বম্—নঙ; অস্য—জগৎসিগী; ক্ষেমায়—য়াইফনবগীদমক; বধায় —হাৎনবগীদমক; চ—অমসুং; সুরদ্বিষাম্—লাইগী য়েক্লবশিংগী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

বসুদেব অমসুং দেবকী অনীনা নঙোন্দা নিজখিবা মত্রমদগী নহাক্না মখোয়গী মচানুপা ওইনা পোকখিবনি হায়নসু খা অতৈনা হায়রে। নহাক অজনি (পোকপা নাইদবনি); অদুম ওইনমক নহাক্না জগৎসিগী য়াইফনবগীদমক অদুগা লাইয়ামগী য়েক্কবশিংবু হাৎননবগীদমক নহাক পোকখিবনি।

### নৈনরোল

বসুদেব দেবকী অনীনা নহাক্কী মপোক্তা সুতপা অমসুং পৃশ্নি ওইরিঙৈদা ভগবানবু মখোয়গী মচানুপা ওইহনগে হায়না তপস্যা কয়া তৌখি; তপস্যাদুগী ফল ওইনা ভগবান্না মখোয়গী মচা-মচানুপা ওইনা থোরকখি। মালেমগী প্রজাশিংগী য়াইফনবগীদমক অদুগা অসুরশিংবু হায়বদি নাস্তিক সংসারীশিংবু মায়খিবা পীগে হায়রগীদমক্তা ভগবান্না অবতার তৌই হায়না ভগবদ্গীতানা হায়না লাক্লিখোকনা লৈরবনি।

### শ্লোক ৩৪

**ভারাবতরণায়ান্যে ভুবো নাব ইবোদধৌ।**
**সীদন্ত্যা ভূরিভারেণ জাতো হ্যাত্মভুবার্থিতঃ ॥ ৩৪ ॥**

### শব্দার্থ

ভার-অবতরণায়—(পৃথিবীগী) অরুবা হুন্থনবগীদমক; অন্যে—অতৈশিংনা; ভুবঃ—পৃথিবীগী; নাবঃ—হি; ইব—শুম্না; উদধৌ—সমুদ্রদা; সীদন্ত্যাঃ—বায়বা; ভূরি—য়াৌনা; ভারেণ—লুম্বনা; জাতঃ—পোকখি; হি—লেপ্পমক; আত্মভুবা—ব্রহ্মানা; অর্থিতঃ—হায়জরবা ওইবনা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অতৈনা হায়—সমুদ্র ঈয়াম্না পোৎ-লুম-হেল্লবা হিগুম্না পৃথিবীনা থাঙতমদবমথৈ লুম্লবা মতমদা নচানুপা ব্রহ্মানসু হায়জরবা মরম্না নহাক্না অরাবা কোহনবিগে হায়বগীদমক নোংঙম্নকখি।

### নৈনরোল

ব্রহ্মা হায়বদি সৃষ্টিগী মতুঙদা ইহান হানবা জীব হায়বদু নারায়ণ-মক্কী সাক্ষাৎ মচানুপানি। নারায়ণনা গর্ভোদকশায়ী বিষ্ণু ওইনা ইহান হানবদা প্রাকৃত ব্রহ্মাণ্ডগী মনুংদা চঙলম্মী। আত্মাগা শম্নবা য়াওরবদি জড় (পুরাই পাঙবা) পোৎনা সৃষ্টি তৌরবা ঙমদে। নীতি অসি সৃষ্টি হেক হৌবদগী চৎথনরক্লবা য়ানি। ভগবান্না ব্রহ্মাণ্ডগী মনুংদা চঙলগা লৈখি অদুগা অহানবা জীব ওইবা ব্রহ্মানা বিষ্ণুগী চিন্ময় ওইবা খোয়দৌদগী হৌগৎলকপা থম্বালদুদা ব্রহ্মা পোকখি। মরমসিনা বিষ্ণুবু 'পদ্মনাভি' হায়না খঙনৈ। ব্রহ্মাবুনা 'আত্মভূ' (মথন্তা ওইরকপা) হায়না খঙনৈ মরমদি মমা লক্ষ্মীজীগা শম্নদবমথৈ মপাবুংঙোদগী মহাক হেক্তা পোক্লক্লম্মী। লক্ষ্মীজীদু নারায়ণগী মনাক্তা লৈমজনি, অদুবু লক্ষ্মীজীগা শম্নবা লৈতনা নারায়ণনা ব্রহ্মাবু পোকখি। মদু ভগবান্না সর্বশক্তিমান্ (পূঙঙম ওম্বা) ওইবগী থবক্নি। নারায়ণবু অতৈ মীচমশিংগুম্না খল্লিবা মীশিংনা বাফমসি খঙজনবা চুম্মী। নারায়ণদি মীচম জীব নত্তে। মহাক মশামক পরমেশ্বর ভগবাননি, অদুগা মহাক্কী চিৎ শাক্তনা ওইবা হকচাঙগী কায়াৎশিংদা লৈরিবা ইন্দ্রিয় খুদিংমক্না শক্তি লোইনা লোইনা চেল্লি। মীচম্না মচা পোক্পদি মুপা মুপী তিন্নরগা পোকই, উপায়সি নত্তনা মচা পোকপা উপায় অমা মহাক্কী লৈত্রে। অদুবু

নারায়ণনা সর্ব্বশক্তিমান্ ওইবনিনা, শক্তি-সর্ত্তনা মহাকপু পুনশা ওমদে। মহাক্তি পূর্ণনি (অপূর্ণ-কাবানি) অদুনা মাগী শক্তি অখল মথা লৈরিবদু শীজিন্নদুনা তৌপে হায়বা থবক খুদিংমক লায়না অমগুং মপুঙফানা তৌবদা মমাঙ তম্মী। মরমসিনা ব্রহ্মাদু মপালগী চোংথোরকপা মচানি, অদুনা মমাগী গর্ভমুংদা মহাকপু থমজুবা লৈতে। মরমসিনা মহাক 'আত্মভূ' হায়না খঙনরিবনি। ব্রহ্মাসিবু ব্রহ্মাণ্ডগী অমুঙদা সৃষ্টি অতৈ তৌহন্নি, তৌবগীবুদি সর্ব্বশক্তিমান্ ভগবান্গী শক্তিগী মঙান মতোন্দা মথাঙ মৈরকুনা তাবননি। ব্রহ্মাণ্ডগী অমুঙদা শ্বেতদ্বীপ কৌবা চিন্ময় লোক অমা লৈ, মসি পরমেশ্বর ভগবান্গী পরমাত্মা স্বরূপ ওইবা ক্ষীরোদকশায়ী বিষ্ণুগী ধামনি। শাসন পায়রিবা লাইহিয়ামশিংনা (দেবশিংনা) কোকহনবা ওমত্রবা অরাবা অমা ব্রহ্মাণ্ডদা লাক্লবদা মথোরনা ব্রহ্মাগী নাক তান্না চঙলগা অরা কোক্লবা পাম্বৈ তাকপিয়ু হায়দুনা, করিগুম্বা ব্রহ্মানা পাম্বৈ পুথোকপা ওমত্রবদি মহাক্না ক্ষীরোদকশায়ী বিষ্ণুগা থন্নে, থন্নরগা ক্ষীরোদকশায়ী বিষ্ণুবু অবতার তৌবিয়ু অদুগা ব্রহ্মাণ্ডগী অরাবা কোকহনবিয়ু হায়না প্রার্থনা তৌবৈ। অসিগুম্বা সমস্যাসি কংসনচিংবা নিংথৌশিংনা পৃথিবীদা পাল্লম্বা মতমদা থোকখি অদুগা অসুরশিংগী ফত্তবা থবকশিংলিনা পৃথিবীগী অরা-পোৎলুম হেক্লংখি। ব্রহ্মাজীনা অতৈ দেবতাশিংগা লোয়ননা ক্ষীরোদক সমুদ্রগী তোর্ব্বান্দা প্রার্থনা তৌজখি। অদুনা শ্রীকৃষ্ণনা বসুদেব-দেবকী অনীগী মচানুপা ওইনা অবতার তৌবিরগনি হায়না ব্রহ্মানচিংবা লাইয়ামদা তাকপিখি। মবমদুনা ব্রহ্মা প্রার্থনা তৌবদগী ভগবান্না অবতার তৌখিবনি হায়না মী খরনা হায়নরিবা।

শ্লোক ৩৫

**ভবেঽস্মিন্ ক্লিশ্যমানানামবিদ্যাকাম কর্ম্মভিঃ।**
**শ্রবণস্মরণার্হাণি করিষ্যন্নিতি কেচন ॥ ৩৫ ॥**

শব্দার্থ

ভবে—সংসাবদা; অস্মিন্—অসিদা; ক্লিশ্যমানানাম্—অরাবা ফংলিবশিংগী; অবিদ্যা—খঙদবা; কাম—অপাম্বা; কর্ম্মভিঃ—মহৈ পাম্বা থবক্লা; শ্রবণ—নাকোঙনা তাবা; স্মরণ—নীঙশিংবা; অর্হাণি—পূজা তৌবা; করিষ্যন্—তৌবা য়াই; ইতি—অসুম্না, কেচন—কনা কনানা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সংসারসিদা অবিদ্যাদগী পোক্লকপ অপাম্বদগী তৌবা থবক্কী ফল ওইনা অরাবা ফংলিবা জীব-শিংনা অরাবা কোক্লবা শ্রবণ (নাকোঙনা তাবা), স্মরণ (নীঙশিংবা) অদুগা পূজানচিংবা ভক্তি তৌবা ওমজনবা হায়দুনা নহাক্না পোকপিবনি হায়বসি কনা কনাগুম্বনা হায়।

নৈনরোল

ধর্ম্ম অমুক হন্না লিংনবা হায়দুনা ভগবান্না যুগ খুদিংদা অবতার হেক হেক তৌই হায়না ভগবান্ মশামক্না শ্রীমদ্ভগবদ্গীতাদা হায়। ধর্ম্ম লিংবদি পরমেশ্বর ভগবান্নি। কনামতনা মরম্নাই অনৌবা ধর্ম্ম অমা লিংবা ঙম্বা নত্তে। তৌবগীবুদি কনাগুম্বা আশাজাও থরনা ধর্ম্ম অনৌবা লিংবনি হায়না তৌরবা য়াওন্নি। তশেংবা ধর্ম্মদি ভগবান্বু পরম কর্ত্তানি (পুন্নমক্কী থোইবা মপুনি) হায়না লৌগদবনি অদুগা প্রেমগা লোয়ননা ভক্তিদু মঙোন্দা তৌগদবনি। জীবনা ভক্তি তৌদবা সুকন্না য়াদবনি, মরমদি মাগী স্বরূপ য়েংলুরগদি ভক্তিদুগীনমক্তা মাবু শেম্বনি। জীবগী তৌগদবা মথৌ হাযববু ভগবান্দা সেবা তৌবনি। ভগবান্দি অচৌবনি, অদুগা জীবশিংদি মাগী মখা পোনবনি।

মরমসিনা জীবগী মথৌ হায়রবু মহাক্তবু সেবা তৌবনি। লাইবক থীবনা মায়া-লাংদা থুরবা জীব-শিংনা (খণ্ডবদগী) বিষয়া পাম্বদগী ইন্দ্রিয়গী মনাই ওইবনি। অপাম্বসিবু অবিদ্যা কৌই। অসিগুম্বা অপাম্বা লৈবা মরম্না জীবনা য়ুম্বাল্লোনগী শেরাম্বরবা অর্থ লৌহ্নুনা মহুগী মুংঙাইবহু ফংননবা হায়হুনা থৌরাং মথল মথা তৌই। মরমহুনা মহাক পোক্ল-শির কৌবা লাংদা থুহুনা ভগবান্‌গী রায়েল মহুঙ ইন্না মথল মথাগী হকচাঙ ফংহুনা লোক মথল-মথাদা কোয়চং চংলী। মরমসিনা অবিদ্যা-সিদগী লাম্বোকপা ঙমল্লবদি সংসারদা লৈবগী মৈচাক অহুমদগী মুক্তি ফংবা ঙম্মোই। প্রকৃতিগী রায়েলনি মসি।

অহুম ওইনমক ভগবান্‌গী মহুৎ-থিদবা থৌজাম্না অহুগা অবাবদা তারিবা জীবশিংনা আশা তৌজরম্বদগী হেন্দোক্লা থৌজান্-হৈবিবা শ্রীভগবান্‌না মথোয়গী মমাঙদা থোকপিরক্লগা শ্রবণ, কীর্ত্তন, স্মরণ, বন্দনা, পাদসেবন, পূজা, দাস্য, সখ্য অমসুং আত্মনিবেদন হায়বা ভক্তি মথলশিংহু নৌহৌ-নহম্নবা থৌরাংবি। হায়রিবা ভক্তি মথলশিংসি লোইনমক নত্রগা অমতা ওইরবসু চংলবদি মহুনা মায়া-লাংদা থুরবা জীবশিংবু অবিদ্যাগী থায়াঙ্গী লাম্বোকপদা মতেঙ পাংবি, অহুগা ভগবান্‌গী বহির্শক্তিনা বিভুলা চুহল্লবা জীবনা মরম্নাই শীনজহুনা ফংবা অরাবা পুম্নমক্কগী লাম্বোকপদসু তেঙবাঙগনি। মসিগুম্বা জাত্তাগী কৃপাসি ভগবান্‌না শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভু ওইনা জীবশিংদা পীবিখি।

শ্লোক ৩৬

**শৃণ্বন্তি গায়ন্তি গৃণন্ত্যভীক্ষ্ণশঃ স্মরন্তি নন্দন্তি তবেহিতং জনাঃ।**
**ত এব পশ্যন্ত্যচিরেণ তাবকং ভবপ্রবাহোপরমং পদাম্বুজম্॥ ৩৬॥**

শব্দার্থ

শৃণ্বন্তি—নাকোঙনা তায়; গায়ন্তি—শক-শোল্লি; গৃণন্তি—লৌই; অভীক্ষ্ণশঃ—তৎতনা; স্মরন্তি—নীঙশিংঙি; নন্দন্তি মুংঙাই; তব—নহাক্কী (ভগবান্‌গী); ইহিতম্—থৌদৌশিং; জনাঃ—মী ময়াম্না; তে—মথোয়না; এব—লেপ্পমক; পশ্যন্তি—উজে; অচিরেণ—থুনমক; তাবকং—নহাক্কী; ভব-প্রবাহ—সংসারদা হনজন্ হনজন্ পোকপগী ঈচেল; উপরমম্—থকফম ওইবা; পদ-অম্বুজম্—খোঙ-থম্বাল।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে কৃষ্ণ. মী ময়াম্না নহাক্কী চরিতশিংবু তৎতনা শ্রবণ তৌই, শক-শোল্লি, নীঙশিংঙি অহুগা অতোপ্পনা শোনবদসু মুংঙাইজে। মথোয়হুনা লেপ্পমক সংসারগী পোকপা শিবগী ঈচেলবু থকহন-ঙম্বা নথোঙ থম্বান্দুবু থুনমক উজে।

নৈনরোল

পরমেশ্বর ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণবু ঐথোয়গী হৌজিক লৈরিবা প্রাকৃত ওইবা মীৎয়েংনা উবা ঙম্মোই। ভগবান্‌গী প্রেম্না থল্লবা পুন্সি মরেল অমা লেয়্নবা হৌজিক্কী মীৎয়েং অসি হোংদোকপা তাই। শ্রীকৃষ্ণনা মালেমথক্তা মশামক লেঙথরক্লুনা লৈরম্বা মতমহুদা মী খুদিংমক্লা মহাকপু পরমেশ্বর ভগবান্‌নি হায়না উখিদে। রাবণ, হিরণ্যকশিপু, কংস, জরাসন্ধ অমদি শিশুপাল-থোয়গুম্বা সংসারীশিংহু লম্নুম ফংহুনা রাম্না গুণ চৈনবা মী ওইরম্বা ঙাক্তনি, অহুবু মথোয়না ভগবান্‌না মমাঙদা লেপ্পবু মশক খঙবা ঙমখিদে। মরমসিনা ভগবান্‌না ঐথোয়গী ইমীৎ মাঙদা লৈররবা ফাওবদা মাবু উবা ঙম্বা

মীৎয়েং অসু নৎত্রবদি ঐখোয়না মহাকপু উবা হায়বসুদি ওইখোক্তবনি। চঙদবা য়াদবা মীৎয়েংগী গুণসিদি, অওইবা মফমদগী ভগবান্গী মরমদা শ্রবণ তৌবনচিংবা হৌরগা, ভক্তিযোগ হায়বসু লৈরগতা চেনবা য়াগদবনি। মী খ্বাইনা শ্রবণ, কীর্ত্তন অমদি স্মরণচিংবা তৌনরিবা লাইরিক ময়াম মরক্তা ভগবদগীতা হায়বসিসু অমনি, অসুবু শ্রবণ, কীর্ত্তন-নচিংবা তৌনা তৌনা করি কবিগুম্বা মতমদা থেংনবদি অসিগুম্বা ভক্তিযোগ তৌরিবা মীসুনা ভগবানবু মমীৎমক্তা উবা ফংদে। মরমদি অহানবা রাফম 'শ্রবণ' হায়বসিদা লৈরে। অওইবা মফমদগী হায়বদি শ্রবণ তৌফম ওইরিবসুনা ওইফম খোকপা অশেংবা মীতাদগী শ্রবণ তৌরবদি য়াম্না থুনা ফল ওইগদবনি। খ্বাই অয়াম্বনা শেংদবা হায়বদি মতীক চাদবা মীতাদগী ঙাক শ্রবণ তৌই। অসিগুম্বা মতীক চাদবা মীতাশিংসে লাইরীক হৈবগী উপাধিনচিংবা ফংসুনা য়াম্না হৈবা য়াই, অসুবু লাইরীক হৈরগা লাইসু খঙদবা হায়বদি মশামক্তা ভক্তিযোগ তৌদবা মরম্না মখোয়দগী শ্রবণ তৌরুবদি মতম মাঙবতা ওইসুনা তোকই। কবিগুম্বা মতমদা লাইরীক্তী মূলশিংগী অর্থসু মখোয় মখোয়গী অনীঙবা অসুগা নাতৈ চাহন্নবা মহন্দা হন্দোকই। মরমসুনা অহানবদা মতীক চাবা অশেংবা বক্তা ওইগদবা মী খল্লগা মঙোন্দগী শ্রবণ তৌবা তাবে। শ্রবণ তৌবসি মরীক চুম্বা অসুগা মপুঙ যাবা ওইরবদি অতৈ অতৈ ভক্তি-অঙ্গ-শিংসু অসুম মপুঙফাবা দোষ চেন্দবা ওইগনি।

ভগবানগী দিব্যলীলা মখল মখানি। লীলা খুদিংমক্তা অপাম অপাম্বা ফল পীবা ঙম্মী, তৌবদবু শ্রবণগী নিযমসু মপুঙফাবা ওইবা তাই। ভাগবতমদা ভগবানগী লীলা হৌবদি পাণ্ডব-শিংগা মহাক্তা লোয়নবা মতাঙদগীনি। তস্সুরশিংগা অতৈ অতৈগা লোয়নবা মতাঙগী লীলা অতৈসু যাম্না লৈ। তরাশুবা স্কন্দদা মহাক্তী প্রেয়সী গোপীশিংগা লোয়ননা শান্নবা রাংলেন-রাংবা থাক্তী লীলাশিংনে অসুগা দ্বারকাদা মাগী লুহোংসুনা লৌবা লৈমশিংগা লোয়ননা শান্নখিবা লীলাশিংনে যাওরি। ভগবান্দি অদ্বয়তত্ত্বনিনা ভগবান্গী লীলাগী দিব্য ওইবদা করিমতা খেন্নবা লৈতে। অসুবু করিগুম্বদা শ্রবণগী নিয়ম কায়না মীশিংনা মহাক্তা গোপীশিংগা লোয়নবা মতাঙগী লীলাসুবুনা হেন্না শ্রবণ তৌনিঙই। মতাংসি পামলুবসিনা শ্রবণ তৌরিবা মীসুদা কামগী ইরাং পোকহল্লি, মরমসুনা ভগবান্গী চরিতকী মরমদা ঙাংবা তশেংবা মীদি কদৌঙৈদসু অসিগুম্বা শ্রবণ মতৌসিদা থরাই যাওশন্দে। অসুনা মী খুদিংমক্তা ভাগবান্গী রা শ্রবণ তৌগে হায়রবদি অহৌবদগী হায়বদি শ্রীমদ্ভাগবতম্দা নম্রগা অতৈ শাস্ত্রদা মকোক হৌরিবা অস্সুং। শ্রবণ তৌগদবনি, মসুনা হৌবদগী মথঙ মথঙ ওইনা চৎথরক্তুনা শ্রবণ তৌরবদি শ্রবণ তৌরিবা মীগী কান্নবা মতেঙ ওইগনি। মরমসিনা কনাগুম্বনা ভগবান্গী পাণ্ডবকা লোয়নরিবা লীলাশিংনা গোপীশিংগা লোয়ননা শান্নবা লীলাশিংদগী হেন্না কান্নদবনি হায়বা থনফদে। ভগবান্দি মতম পুম্নমক্তা মীরম্নেনগী ওইবা আসক্তিগী রাংমদা লৈ হাযবসি মতম পুম্বদা ঐখোয়না নীঙশিংগদবনি। মথক্তা সিখ্রবা ভগবান্ চরিতশিংদা মহাক মফম মতম পুম্নমক্তা অখোইবা নায়ক ওইবা ঙাক্তনি। অসুনা মহাক্তী মরমদা নৎত্রগা মহাক্তী ভক্তশিংগী নম্রগা যেক্লবশিংগী মরমদা শ্রবণ তৌবদি ঐখোয়গী পারমার্থিক জীবনগী য়াইফনবনি। বেদ-পুরাণশিংসে ভগবান্গা ঐখোয়গগী মাঙলুরবা সম্বন্ধসু নৌহৌনা হিংগৎহন্নবা লেংখিবনি হায়নৈ। হায়রিবা শাস্ত্র-গ্রন্থশিং পুম্বসি শ্রবণ তৌদবা য়াদবনি।

শ্লোক ৩৭

**অপ্যদ্য নস্ত্বং স্বকৃতেহিত প্রভো জিহাসসি স্বিৎ সুহৃদোহনুজীবিনঃ।**
**যেষাং ন চান্যদ্ভবতঃ পদাম্বুজাৎ পরায়ণং রাজসু যোজিতাংহসাম্ ॥ ৩৭ ॥**

### শব্দার্থ

অপি—সু; অদ্য—ঙসি; নঃ—ঐখোয়বু; ত্বম—নহাক্না; স্বকৃত—নশামক্না তৌবা; ঈহিত—থবকশিং; প্রভো—হে ইবুংঙো; জিহাসসি স্বিৎ - থাদোক্নগেরা; সুহৃদঃ—চাম্নবা মরুপশিং; অনুজীবিনঃ—থৌজান্না হিংলিবা; যেষাম্—মখোয়গী; ন—নৎত্রগা; চ—অমসুং; অন্যৎ—অতোপ্পা অমা; ভবতঃ—নহাক্কী; পদ-অম্বুজাৎ—খোঙ-থম্বান্দগী; পরায়ণম্—চঙজরিবা; রাজসু—নিংথৌশিংদা; যোজিত—হাপ-চল্লবা; অংহসাম্—য়েরুবা; (যোজিত-অংহসাম্—মঙোন্দা অৱাবা পীরবা য়েরুবশিংগী)।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপ।

নশাগী থবক-তৌনিঙবা হে প্রভু, নিংথৌশিংদা অৱাবা পীরুবদগী মখোয়গী য়েংথিবা ওইরবা ঐখোয়গীদি নঙগী খোঙ-থম্বাল নত্তনা অতৈ চঙজফম অমা লৈত্রে, অদুগুম্বা অচানবা মরুপ অমদি নঙোন্দা চঙজরিবা ঐখোয়বু ঙসি নহাক্না পুঙথা-থাদোক্নগে খল্লবরা ?

### নৈনরোল

পাণ্ডবশিংদি য়াম্না লাইবক ফবনি মরমদি মরায়বক ফন ফনমক মখোয়না ভগবান্গী কৃপাগী মখা পোন্দুনা লৈজরম্মী। সংসারসিদা কনাগুম্বগী মথৌজান ঙাইহুনা পুন্সি লেনবা হায়বসি লাইবক থীবগী অয়োবী খুদম্নি, অদুবু ভগবান্গা দিব্য সম্বন্ধ থম্বগী মতাঙদদি, ঐখোয়না ভগবান্গী থৌজান মপুঙ ফানা ঙাইরবা মতমদা ঐখোয়গী লাইবক পুঙক-ফবা হায়বদু ওইরিবনি। ভবরোগ (সংসারদা লৈরিঙৈগী লায়না) থোরকপগী মরমদি পোৎলম খুদিংদা মখা পোলোইদৌবগী রাখল থনবা অসিনি। প্রকৃতিগী চেৎলবা নিয়মশিংদগী নাম্থোক্নবা অরেম্বদা হোৎনবসিবু চাংয়েংলগা তানবা প্রাকৃত জ্ঞানগী চাওথৎপা হায়না খঙনৈ। প্রাকৃত জগৎ পুম্বসিনা প্রকৃতিগী নিয়মগী মখা পোন্দনবা অরেম্বদা হোৎনবসি তৌদুনা চৎথরি। স্বর্গ কাবা য়াবা কৈবাক অমা শাগে খল্লগা রাবণ নিংথৌদগী হৌরদুনা হৌজিক্কী যুগসিদা লৈরিবা মীশিংনা প্রকৃতিগী নিয়মবু লাম্থোক্নবা হোৎনরি। মখোয়না হৌজিক ইলেক্ট্রোনিক্ শক্তিগী মেছিন্না অরাপ্পা গ্রহলোক য়োনবা হোৎনরি। অদুবু মীওইবগী সভ্যতাগী খ্বাইদগী রাংবা পম্থংফমদি ভগবান্গী য়াথং মতুঙ ইন্না থবক তৌবা অদুগা মপুঙ ফানা মহাক্কী মখা পোনবা হায়বা অসিনা ওইবনি। মপুঙ-ফাবা সভ্যতাগী পুঙহেন হেন্না পাণ্ডথোকপা থবক হায়বদুদি থৌনা ফনা থবক শূবা অদুগা লোয়নবা ভগবান্দা মপুঙ-ফানা চঙজহনা অকিবা পোক্তবা অসিনি। পাণ্ডবশিংনা হায়রিবা চাংদাগী সভ্যতা পুথোক্লম্বনি। চিংনবা লৈতনা হায়রিবসিনি, পাণ্ডবশিংদি মপুঙ-ফানা ভগবান্গী ইচ্ছা অশেঙবদুগী মখা পোন্না চৎচরম্মী, অদুগা মখোয় ভগবান্গী কতল-উতাঙবীমক্তি নংলমদে। মখোয় শাজত্তা য়েংলে অদুগা মপাঙ্গল মথৌনাদা য়েংলে চপ চানা মতীক চারবা ঙাক্তি। অদু-মক্তদা মখোয় মতম পুম্বদা ভগবান্গী কৃপা ঙাইহুনা চাক লৈরম্মী, মরমদি জীব খুদিংমক, মাগী মাগী স্বরূপ-কী রা হায়রগদি, মনীঙ তম্বা ঙমদে হায়বসি পাণ্ডবশিংনা খঙলম্মী। মরমসিনা মপুঙ ফাবা পুন্সি হায়বদুদি প্রাকৃত জগৎসিদা অরেম্বদা নীঙতম্নবা হোৎনবগী মহুত্তা ভগবানগী ইচ্ছা মতুঙ ইনবা পুন্সিদুনি। ওইদবদা, ভগবান্গী মখা পোল্লোইদৌবগী হোৎনরিবা মীতাশিংবু 'অনাথ' হায়বদি মপী মপা লৈজদবা হায়না কৌনৈ, অদুগা ভগবান্গী ইচ্ছাবু মপুঙ ফানা ইল্লিবা মীতাবু 'সনাথ' হায়বদি ঙাকপী-শেনবীনবা অমা লৈজবা মী হায়না কৌই। মরমসিনা সংসারদা লৈবদা ক্বংগদবা অৱাবা পুম্বদগী ঐখোয়বু কনবিনবা হায়দুনা ঐখোয় সনাথ ওইনবা হোৎনদবা শুকয়া য়াদে। সংসারিক জীবনগী ফীভমসি খ্বাইদগী পায়কম থোক্তবা ময়েৎ-চয়েৎনবা ফীভম্নি হায়বসি বহিরঙ্গ প্রকৃতিগী

ওইবা শেরান্-লমজিংবা শক্তিনা ঐখোয়বু হেক হেক কাউহল্লি। বাসুদেবনা মরোইরে হায়বা অদুগা মঙোন্দা মপুঙ ফানা চঙজকতনা পুন্সি লেনবগী খ্বাইদগী হেনবা মরেল্লি হায়বদু লাইবক ফবা কনাগুম্বনা মপোক য়াম্না হনজম্না পোক্লবগী মতুঙদা খঙবা ঙমজে হায়না ভগবদগীতানা ঐখোয়দা পাওমেল্লী (৭।১৯)। মদু 'মহাত্মা' ওইবগী খুদম্নি। পাণ্ডব ইমুঙগী মী পুম্নমক গার্হস্থ্য-জীবন্দা লৈবা মহাত্মা ঙাক্তনি। মহারাজ যুধিষ্ঠিরনা মহাত্মাশিংসিগী মকোক্লি অদুগা মহারাণী কুন্তী দেবীনা মখোয়গী মমানি। মরমসিনা ভগবদ্গীতা অমদি পুরাণশিংনা, থোইদোক হেন্দোক্লা ভাগবত পুরাণনা তাকপা পাউতাকশিংদু পাণ্ডব মহাত্মাশিংগী ইতিহাসগা মরী লৈতবা য়াদ্রিবনি। মখোয়দদি, ভগবান্গা কায়নবা হায়বসে লেপ্নে ঙাগা লাইজগা কায়নবগা চপ মান্নে। মরমসিনা অসিগুম্বা কায়নগদৌবসিদা শ্রীমতী কুন্তীদেবীগী মফমদদি ব্রজ তারকপগা মান্নখি; অদুনা রাণী কুন্তীনা ভগবান্বু মখোয়গা লৈমিন্নবা য়াথখিনবা হোৎনরম্মী। কুরুক্ষেত্রগী লান্দা মখোয়গী য়েক্লবা নিংথৌশিংবু হাৎপ্রবস্মু. য়েক্লব-শিংগী মচা-মশুশিংদু লান মতুঙদসু পাণ্ডবশিংগা তাইনরগদৌরম্মী। য়েক্লবগী ফীভমদা তারম্বসে পাণ্ডবশিংদা নত্তে, ঐখোয় খ্বাই পুম্নমক অসিগুম্বা ফীভমদা মতম পুম্বা লৈরিবনি, অদুনদি পুন্সি লেনবদা খ্বাইদগী ফবা মওংদি ভগবান্গী ইচ্ছাগী মখা পুংপোন পোনবা, অদুগা মতৌ অদুম তৌদুনা সংসারদা লৈবগী অরাবা পুম্বদগী লাম্থোকপা হায়বসিনি।

শ্লোক ৩৮

**কে বয়ং নামরূপাভ্যাং যদুভিঃ সহ পাণ্ডবাঃ।**
**ভবতোঽদর্শনং যর্হি হৃষীকাণামিবেশিতুঃ ॥ ৩৮ ॥**

শব্দার্থ

কে—কনানো; বয়ম্—ঐখোয়; নাম-রূপাভ্যাম্—মীংচৎ অমদি চাওখৎপনা; যদুভিঃ—যদুশিংগা; সহ—লোয়নননা; পাণ্ডবাঃ—পাণ্ডবশিংনা; ভবতঃ—নহাক্কী; অদর্শনম্—উদবা; (ভবতঃ-অদর্শনম্—নহাকপু উদবা); যর্হি—মতমদা; হৃষীকাণাম—ইন্দ্রিয়শিংগী; ইব—গুম; ঈশিতুঃ—জীবগী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

আত্মানা থাপ্রবদা জীব-দেহগী মিংগা মিংচৎকা পুঙলোই লোইবগুম নহাক্না ঐখোয়বু য়েংদ্রবা মতমদা ঐখোয়গী মিংচৎকা থবক পুম্নমক্তা, পাণ্ডবশিং অমসুং যদুশিংগা লোয়নননা, খুদক্তা পুঙমূৎ মূৎকনি।

নৈনরোল

পাণ্ডবশিংনা হিংজবদি শ্রীকৃষ্ণগী মপান্ননি হায়বদু শ্রীমতি কুন্তীদেবানা খঙজে। পাণ্ডবশিংদু মিংচৎ ফরম্নে অদুগা ধর্মাবতার ওইবা মহাত্মা যুধিষ্ঠির নিংথৌনা লমজিংরিবম্মী। যদুশিংসু মখোয়গী অচৌবা মিত্রনি। অদুবু ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী লমজিং নত্তনদি, আত্মা য়াওদবা দেহগী ইন্দ্রিয়শিংনা কান্নদবগুম, মখোয় লোয়নমক্তা করিসু লৈতবা ঙাক্নি। ভগবান্গী কৃপানা লমজিংবিদ্রবা মীতাদুনা মাগী মান-শক্তি-মিংচৎশিংদুগীদমক চাউথোকচবা চুমদে। জীবশিংদি মতম পুম্বদা কৃষ্ণগী মখা পোনবনি অদুনা মখোয়গী অরোইবী ভরোসা চঙজকম হায়ববু ভগবান্ মহাক্তনি। মরমসিনা প্রাকৃত জ্ঞান চাওখৎতুনা প্রকৃতিগী মরল শীজনবা উপায় পুথোকপা ঐখোয়না ঙম্বা য়াই, অদুবু ভগবান্গী লমজিং য়াওদ্রবদি ঐখোয়না পুথোক্লকপা পোৎশিংসে অরেম্বদা তাগনি, লক্কা মখোয়না পাজল লৈবা ওইদুনসু।

### শ্লোক ৩৯

**নেয়ং শোভিষ্যতে তত্র যথেদানীং গদাধর।
ত্বৎপদৈরঙ্কিতা ভাতি স্বলক্ষণবিলক্ষিতৈঃ ॥ ৩৯ ॥**

### শব্দার্থ

ন—নত্তে, ইয়ম্—ঐখোয়গী রাজ্যগী লমসি; শোভিষ্যতে—ফজগনি; তত্র—মতমম্তুদা; যথা—হৌজিক ওইরিবা মতৌগুম্না; গদাধর—হে গদা পায়বা কৃষ্ণ; ত্বৎ—নহাক্কী; পদৈঃ—খোঙ অনীনা; অঙ্কিতা—য়েক্লবা; ভাতি—ঙাল্লি; স্বলক্ষণ—নহাক্কী খুদম; বিলক্ষিতৈঃ—তারিবা মমিনা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে গদা-পায়বা (কৃষ্ণ), ঐখোয়গী রাজ্যসি হৌজিক্কি নখোঙগী খুদমশিংগী মমি য়েক্লুনা তারি, মরমম্তুনা মসি য়েংবদা ফজরি। অদুবু নহাক্না থাদোকপা মতমদদি মসি অমুক ফজররোই।

### নৈনরোল

ভগবান্‌গী খোঙদা থোইদোকপা খুদম থরা লৈ, খুদমশিংনুনা মহাক্না অতৈগা মান্নদে হায়বা তাকয়ি। ভগবান্‌গী খুয়া-থম্বান্দা ধ্বজ (ফীরান্), বজ্র (নোংমৈ শীঙজঙ), অঙ্কুশ (শামু কাটি); ছত্র (পে), পদ্ম (থম্বাল), চক্র (কাংখোঙ)-অসিনচিংবা খুদম (লক্ষণ) লৈ। ভগবান্না লেঙবা লেঙবা মফমগী অমোন্‌বা লৈপাকথক্তা খুদমশিংসিগী মমি তাই। শ্রীকৃষ্ণনা পাণ্ডবশিংগা লৈমিন্নরম্বা মতমদম্তু হস্তিনাপুরগী লমদা মতৌ অম্নুয়া পাদচিহ্নগী মমি তাখি। অসিগুম্বা মঙ্গলগী মশক ওইবা চিহ্নশিংসিনা পাণ্ডবকী রাজ্যদু চাওখৎচরম্মী। কুন্তীদেবীনা অসিগুম্বা থোইদোক-হেন্দোকপা লক্ষণশিংদু উংলম্মী অদুগা ভগবান্না থাদোকপিরবদি লাইবক থীবা হায়বদু ওইরগনি হায়দুনা চিংনরম্মী।

### শ্লোক ৪০

**ইমে জনপদাঃ স্বৃদ্ধাঃ সুপকৌষধিবীরুধঃ।
বনাদ্রিনদ্যুদন্বন্তো হ্যেধন্তে তব বীক্ষিতাঃ ॥ ৪০ ॥**

### শব্দার্থ

ইমে—পুম্নসি; জনপদাঃ—দেশশিং; স্বৃদ্ধাঃ—চাওখৎলম্মী; সুপক—মহৌশা; ওষধি—উরী-রাবী; বীরুধঃ—এম্বাং-নাপী; বন—উমং; অদ্রি—চীঙ; নদী—তুরেন; উদন্বন্তঃ—সমুদ্রশিং; হি—লেপ্পমক; এধন্তে—হেন্দুংলক্লি; তব—নহাক্না; বীক্ষিতাঃ—উবনা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

দেশগী গ্রাম-নগর পুম্নমক চাওখৎলিবসিগী মরমদি উ-রা, মহৈমরোং মরাঙকায়না হৌরে, পাম্বীশিংদা উহৈ য়াক্লে, তুরেনশিংনা মবুক থল্লা চেম্নরি, চীঙশিংদা পোথোককম থোংনা মরাঙ-কায়রিবা, অদুগা মহাসাগরশিংনা মরল কন্না লৈরিবনো। মসি পুম্নসি মখোয়দা ইবুংঙো নঙগী মীয়েং তাবননি।

মৈনরোল

মীওইবনা চাওখৎপদি প্রকৃতিনা পীবিরগনি, অচৌ অচৌবা শিল্পকলানা ( Industry-না ) নত্তে। অচৌ-অচৌবা শিল্পগী থবকশিংসে ঈশ্বর-থাজদবা সভ্যতাগী পোখোক-ওাক্লি; মখোয়সিনা মীওইবগী পুক্নিংগী অৱাওবা পান্দমশিংগী মাওননবগী মশক্লি। মীওইবগী থৱাই-ওইবা শক্তিবু কোলুদা চপ্পু না শুম্বগুম শুম্নবা লৈবা অৱাবগী মশক ওইবা শিল্পশিংগী মশীঙ ঐখোয়না অহুকী মতীক হেঙ্গৎহল্লিবমখৈ মী খুজিন্দুল্লা অতৈদগী শুমহুনা লোৱগা মরাঙ কায়না মপুক্নি লেল্লবস্যু অয়াম্বা মীগীদমক্তি অহুকী মতীক চরাওনবা অমস্তুং পেন্দবা অহুকী মতীক হেনগনি। মহৈমরোং, এঙ্গাং-নাপীশিং, উঁহৈ, তুরেল, মমল য়াম্বা রত্ন-নুঙ অমস্তুং পোখোক-খোংশিং লৈবা চীঙময়াম, মুক্তানা থল্লবা সমুদ্র-নচিংবা প্রকৃতিগী দান ময়ামসে ভগবান্‌গী য়াথংনা পীহল্লিবনি। অহুগা প্রকৃতিনা হায়ৱিবা পোৎশিংসে মরাঙ কায়না ওইরম্ন নভ্রগা লীক্লা ওইরবস্যু ভগবান্‌গী ইচ্ছা মতুঙ ইন্না পীবা ওাক্লি। ঈশ্বরগী য়াথং মতুং ইন্না পীৱিবা প্রকৃতিগী দানশিংসে মীওইবা ঐখোয়না লোৱগা পেন্‌বা নাইনা পুক্নি লেন্‌বা অহুগা প্রকৃতিগী মপু ওইগে অহুগা মাবু শুম্‌হুনা চাগে হায়বগী বাখল লৈতবা—অহুনি প্রকৃতিগী নিয়মদি। ঐখোয়না প্রকৃতিবু ঐখোয়গী মচিং-মশোল মতুঙ ইন্না অহুকী মতীক শুমহুনা চাগে হায়ৱিবমখৈ মহুগী ফল ওইনা ঐখোয় অহুম হেন্না হেন্না লাংদা থুজনগনি। ঐখোয়গী চাননবা মহৈ-মরোং, উঁহৈ-রাহৈ, এঙ্গাং-নাপী, অনাবগী হীদাক-লাং-থক শেম্নবা উরী-উনা ওক্লবা লৈরবোইদি শাহাৎ-শঙ লিংহুনা গত্তি -লৈজদবা শা হাৎপগী কন্নি কাম্নবা লৈবগে? মী অমগী চানঙাম্ন মহৈ-মরোং অমদি এঙ্গাং-নাপী লৈরবদি মহাক্লা শা হাৎলুকম খোক্তে। তুরেল-ঈশীং ফজনা চেন্‌বনা লোবুক পুম্বা লৈছাও চেন্নী, অহুনা ঐখোয়গী চঙগদবদগী হেন্না লৈ। খোংদগী পোৎ কয়া চীঙশিংদা খোকন্নিবা অহুগা সমুদ্রদগী রত্ন কয়া ফংলিবা। মীওইবা সভ্যতাগী ওক্লবা মহৈমরোং, খোংগী পোৎ, মণিমুক্তা, ঈশীং, শঙ্গোম্ন-চিংবা লৈরগদি কৱিদৌনা মীওইবশিংনা লাইবক-থীবা মী থরগী ঈ চুপ্পু না অকি-ফংবা শিল্প কারখানা লিংখৎপা পাম্নিবনো? অহুবু প্রকৃতিগী দানশিংদি ভগবান্‌গী কৃপাদা লৈরে। মরমসিনা ঐখোয়গী তৌফম থোকপা হায়ববু ভগবান্‌গী বিধি-নিয়ম ইন্‌বা অহুগা ভক্তিযোগ তৌহুনা মীওইবগী পুক্নিবু মহৈ য়ালহন্‌বা। বাকমসিমক কুন্তীদেবীনা উৎলিবনি। কুন্তীনা পাম্বদি ভগবান্‌গী কৃপাদো মীওইবদা পীবিবা অহুম্না মাগী কৃপানা প্রকৃতিনা মরল মথুম তেক্ত কায়দনা চাওখৎপা—অসিনি।

শ্লোক ৪১

**অথ বিশ্বেশ বিশ্বাত্মন্ বিশ্বমূর্তে স্বকেষু মে।**
**স্নেহপাশমিমং ছিন্ধি দৃঢ়ং পাণ্ডুষু বৃষ্ণিষু ॥ ৪১ ॥**

শব্দার্থ

অথ—মরমহুনা; বিশ্বেশ—বিশ্ব-তাইবংগী মপু-ও; বিশ্বাত্মন্—বিশ্বগী আত্মা ওইৱিবা; বিশ্বমূর্তে—বিশ্বনা নওগী মূর্তি ওইৱিবা; স্বকেষু—মরীমতাশিংদা; মে—ঐগী; স্নেহপাশম্—মুংশিবগী অপুন্‌বা; ইমম্—অসি; ছিন্ধি—ককথৎলু; দৃঢ়ম্—অচেৎপা; পাণ্ডুষু—পাণ্ডবশিংগী; বৃষ্ণিষু—বৃষ্ণিশিংগীস্যু।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে বিশ্বগী মপু, বিশ্বগী আত্মা, হে বিশ্বমূর্তি, অহু ওইরবোইদি ঐগী নক্লবা মরীমতা ওইৱিবা পাণ্ডবশিং অমদি বৃষ্ণিশিংগীদমক মুংশিবনা ঐবু পুক্নিবসি থদৎপীরো।

## নৈনরোল

শুদ্ধ ভক্ত অমনা মশাগী ওইজবা কল্লিশুম্বা অমতং ভগবান্দগী নিবদা ঈকায়জৈ। অদুবু য়ুম্বানবা মীশিংদি কল্লিশুম্বা মতমদা ইমা-ইচা ওইবগী নুংশিবা প্রেম অদুনা ভগবান্গী কৃপা নিজৈ। শ্রীমতি কুন্তীদেবীনা রাজমসি থঙলম্মী, মরমদুনা মাগী য়াম্না নক্লবা পাণ্ডবশিংবু অদুগা বৃষ্ণিশিংবু নুংশিবগী থৌরাদু থরা থদংপীয়ু হায়না মহাক্না ভগবান্দা হঙংলম্মী। পাণ্ডবশিংনা মাগী মচা ওাক্নি অদুগা বৃষ্ণিশিংনা মপামগী মী ওাক্নি। কৃষ্ণদি বংশ অনীসিগা মরী চপ মান্নবা লৈরম্মী। বংশ অনীমক ভগবান্গী মতেঙ ফংকম থোকই মরমদি অনীমক ভগবান্দা নলম্বা ভক্ত ওাক্তনি। শ্রীমতি কুন্তী দেবীনা পাম্বদি মাগী মচাশিংগা শ্রীকৃষ্ণনা লৈবা অসিনি, অদুবু শ্রীকৃষ্ণনা অদুম্না লৈরবদি মপামগী কাণ্ডবুনা শ্রীকৃষ্ণগা লৈমিন্নবগী নুংঙাইবদু অমুক ফংলরোই। অমগীসু থন অমগীসু থন তৌবসিদা কুন্তীগী পূক্নীং লাংলম্মী। মরমদুনা মাগা শাগৈ অনীদুগা লৈনরিবা নুংশি থৌরাদু ককথৎপীরম্মু হায়রিবনি।

শুদ্ধ ভক্তদি ইমুঙ মনুঙগা লৈনরিবা নুংশিবগী মরীদু থদংলগা কাজথোকলুরবা আত্মাশিংগী-দমক হায়রদুনা মহাক্না ভক্তিগী থবক ময়ামগী লমদু পাক চাওথোকহল্লী। জাত্তাদুগী খুদমদি শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুগী মতুঙ ইল্লম্বা গোস্বামী তরুক অদুনি। মখোয় লোইনমক অরাওবা বর্ণগী য়াম্না জ্ঞান লৈয়বা চাওথংলবা পরিবারদা পোকপনি, অদুবু মীয়ামগী কান্নবা হায়দুনা মখোয়না নুংঙাইরবা ময়ুম থাদোক্লুনা সন্ন্যাসী ওইরম্মী। ইমুঙ মনুঙগী নুংশিবা থদংপা হায়বসি থবক্তী লম পাক-চাউথোকহনবা হায়বনি। মসি তৌদ্রবদি, কনামতনা ব্রাহ্মণ ওইবা, নিংথৌ ওইবা, প্রজাগী লুচিংবা ওইবা অদুগা ভগবান্গী ভক্ত ওইবদা মতীক চাবা ওইবোই। ভগবান্ মশামক্না ফিদয়ঙাই নিংথৌ অমা ওইনা খুদম ওইনা হায়রিবসি উৎথি। ফিদয়ঙাই নিংথৌগী গুণ ময়াম উৎনবা হায়দুনা শ্রীরামচন্দ্রনা মহাক্না নুংশিবী তালোইগী নুংশি-লিপুন থদংথি।

ব্রাহ্মণ, ভক্ত, নিংথৌ নত্রগা প্রজা মীয়ামগী নেত্তা-শুম্বা মীতাশিংনা মখোয় মখোয়গী মথৌ পাঙথোকপদা পূকচেল চাউবা ওইগদবনি। রাজমসি শ্রীমতি কুন্তীদেবীনা থঙলম্মী, অদুনা পাঙল শোনবী ওইবা ময়াম্না অসিগুম্বা ইমুঙ মনুঙগী নুংশিবদু ককথৎ-ঙম্নবা ভগবান্গী কৃপা নিজরম্মী। ভগবান্বু বিশ্বগী মপু অদুগা বিশ্বগী আত্মা হায়না সম্বোধন তৌথি, মদুনা উৎপদি ভগবান্না ইমুঙ মনুঙগী নুংশিবগী চেৎলবা কিশিদু থোকপিবা ঙম্মী হায়বদু উৎপনি। মরমসিনা, ভগবান্না অশোনবা ভক্তবু থোইদোক্না নুংশিবিদুনা মাগী পূঙম-ঙম্বা শক্তিনা থৌরাংবিদুনা থোকহনবা অবস্থা অমনা ভক্তদুগী ইমুঙ মনুঙগী স্নেহ অদু থদংনবা তৌবি হায়বসি থেংনবা য়াওরে। অদুম্না তৌরগা ভগবান্না মশামক্না মথক্তা ভক্তদুবু নলহন্জরে, মতৌ অসুম্না ভক্তদুনা ভগবান্গী নাক্তা হনবা ঙম্নবা লম্বী তশেংনা শেম্বী।

### শ্লোক ৪২

**ত্বয়ি মেঽনন্যবিষয়া মতির্মধুপতেঽসকৃৎ ।**
**রতিমুদ্বহতাদদ্ধা গঙ্গেবৌঘমুদন্বতি ॥ ৪২ ॥**

### শব্দার্থ

ত্বয়ি—নঙোন্দা; মে—ঐগী; অনন্য-বিষয়া—মরম অতৈমা য়াম্রবা; মতিঃ—পূকচেল; মধুপতে—মধুগী মধুংঙে; অসকৃৎ—লীশাং শীংনা; রতিম্—নুংশিবা (প্রীতি); উদ্বহতাৎ—পাম্নকপা ওইসনু; অদ্ধা—থুনমক; গঙ্গা—গঙ্গা তুরেন; ইব—মদুম্না; ওঘম্—ইচেল; উদন্বতি—সমুদ্র তম্না।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে মধুগী মবুংঙো মাধব ! গঙ্গা তুরেন্না মতম পুম্বদা অথীঙ-অরাক লৈতনা চেম্বগুম ঐগী রতি অসি রাখল অতৈমা খন্দবমখৈ মতম পুম্বদা নঙোন্দা চেন্শন্দুনদা লৈবা ওইসনু ।

নৈনরোল

শুদ্ধ ভক্তি যোগনা মপুঙ ফাবা হায়বসে ভগবান্গী দিব্য প্রেম সেবাদা পুক্নীং চংশন্দুনা লৈরবা মতমদা ওইয়ে। অতোপ্পা মী অতৈবু মুংশিবগী কিশি ককথৎপা হায়বসিনা কনাগুম্বা অমবু মুংশিবগী অকুপ্পা মচাক্তু পুম্নাঙ মাঙহনবদি নত্তে। মতু ওইথোকপা য়াবা নত্তে। জীব অমনা, মহাক্না অমবু ওইরবসু অমবু ওইরবসু মী অতোপ্পা অমবু মুংশিবা হায়বসি লৈতবা য়াবা পোৎ নত্তে, মরমদি মসুম্না মুংশিবসি পুন্সিগী ওইবা লক্ষণনি। পুন্সি লক্ষণ ওইরিবা অপাম্বা, অশাউবা, পামশনবা (লালসা), রতি (পুক্নীং চিংশনবা) অসিনচিংবসি পুঙহাৎ হাংপা য়াবা নত্তে। পামফম শাউফম ওইবা পোৎতুদনি হোংদোক্লিবা। অপাম্ববু মাঙহনবা য়াদে, অদুবু ভক্তিযোগগী মতাঙদা অপাম্বদু ইশাগী ইন্দ্রিয় পেলহন্নবা তৌবগী 'মহুত্তা ভগবৎ সেবাগীদমক্তা ওইহনবা তাই। পরিবারগী সমাজগী দেশগী প্রেমি হায়রিবশিংদো ইন্দ্রিয় পেন্নবগী থাক মখল মখল ওইবতনি। অপাম্বসিনা ভগবৎ সেবাগী অপাম্বদু ওইহল্লবদদা মদুবু ভক্তিযোগ কৌই।

ভগবদগীতাদা ঐখোয়না থেংনরি মদুদি—অর্জুন্-না মচিম্নাওনচিংবা মরী মতাশিংগা লান্থেংনবা পাম্নমদে, করিনা, মহাক মশাগী অপাম্বদা থুংহন্নিঙখি। অদুবু মহাক্না ভগবান্গী পাওতাক 'শ্রীমদ্ভগবদ্গীতা' অদু শ্রবণ তৌরবা মতমদা মহাক্কী রায়েপ হোংখি অদুগা ভগবান্বু সেন্না তৌখি। মদুম্না তৌবগীদমক মহাক মপিং চংলবা ভগবৎ-ভক্ত অমা ওইখি, মরমদি অর্জুন-না সখ্য-ভাব-তা ভগবান্গী সেবা তৌজহুনা পরমার্থগী অয়োবী গতি ফংখি হায়না শাস্ত্র পুম্বদা লাউরি। লান তৌখি, সখ্য-ভাব-সু লৈখি, অর্জুনসু লৈরম্মী, শ্রীকৃষ্ণসু লৈরম্মী, অদুবু অর্জুনদি ভক্তিযোগ চৎতুনা মীশক অমা হোংখ্রে। মরমসিনা কুন্তীগী প্রার্থনাশিংসিনা তাক্লিবদি থবক থোরম পুম্বদা অথাকপা লৈতনা হোংলিবসিগুম হোংবা অসিনি। শ্রীমতী কুন্তীনা পুক্নীং লোঙদবমখৈ ভগবান্বু সেবা তৌজনীংলম্মী, মদুনি মহাক্কী প্রার্থনাদি। শুদ্ধভক্তসিনি পুন্সিগী অরোইবা পান্জমদি। ঐখোয়গী পুক্নীংদি মহৌশানা ভগবান্গী ওইদবা নত্রগা ভগবান্গী থোরমদা য়াওদবা থবক্তা চঙগন্নি। থোরমদুবু ভগবান্গী সেবাগী থোরম ওইহল্লবা মতমদা, হায়বদি ইন্দ্রিয় শুম্নমক ভগবৎ সেবাগা মরী লৈনহন্দুনা পবিত্র ওইরবা মতমদা থবক মতাদুবু অশেঙবা পুক্নীং-লোঙদবা প্রেম ভক্তি কৌই। শ্রীমতি কুন্তীদেবীনা মদুগুম্বা মহৈ ময়ান্দু পামজহুনা ভগবান্দগী মদু নিজরম্মী।

পাণ্ডবশিংবু অদুগা বৃষ্ণিশিংবু কুন্তীনা মুংশিরম্বদু প্রেমভক্তিগী রাংমদা নৎলমদে মরমদি ভগবৎ-সেবাগা ভক্তগী মফমদা তৌবা সেবাগা অনীদু অমতনি। করিগুম্বা মতমদা ভক্তদা তৌবা সেবানা ভগবান্দা তৌবা সেবাদগী হেনবসু লৈ। অদুবু মফমসিদা হায়রিবা কুন্তীনা পাণ্ডব অমসুং বৃষ্ণিশিংবু মুংশিরিবসিদি ঊ-গী মরী লৈনরুবদগীনি। প্রাকৃত সম্বন্ধদগী থোরকপা মুংশিবসিদি 'মায়াগী' সম্বন্ধনি মরমদি হকচাঙ অমসুং পুক্নীংগী সম্বন্ধদি বহিরঙ্গ শক্তিনা ওইহনবনি। ভগবৎ-সম্বন্ধগী মথক্তা নন্দুনা থম্বা আত্মাগী সম্বন্ধশিংদুনা তশেংবা সম্বন্ধনি। কুন্তীদেবীনা পরিবারগী সম্বন্ধ থদংপা পামলুবগী রাদি ঊলাগী মরী তংনরা পাম্মী হায়বরি। ঊলাগী মরীদি মায়ানাংদা পুনসগী (ভব-বন্ধনগী) মরম্নি,

অদুগা আত্মাগী সম্বন্ধদি মুক্তি ফংনবগী মরম্নি। আত্মাগা আত্মাগা লৈনবা সম্বন্ধসি ভগবান্‌গা সম্বন্ধ থম্নরগদদা থম্না য়াই। অমম্বদা উবা হায়বদুদি উবা নত্তে। সুমীৎকী মঙাল্লা উবা হায়বদুদি সুমীৎপু অমসুং অমম্বদা উরমদবা পোৎ অতৈ খুদিংমকপু উবনি। ভক্তিগী লম্বীসু অদুনি।

শ্লোক ৪৩

**শ্রীকৃষ্ণ কৃষ্ণসখ বৃষ্ণ্যৃষভাবনিধ্রুগ্ রাজন্যবংশদহনানপবর্গবীর্য্য।**
**গোবিন্দ গোদ্বিজসুরার্তিহরাবতার যোগেশ্বরাখিলগুরো ভগবন্নমস্তে॥ ৪৩॥**

শব্দার্থ

শ্রীকৃষ্ণ—হে শ্রীকৃষ্ণ; কৃষ্ণসখ—হে অর্জুনগী মরূপ, বৃষ্ণি—বৃষ্ণিগী মচা মশুগী; ঋষভ—হে মকোক; অবনি—পৃথিবী; ধ্রুক্—লমহেনবা; রাজন্য-বংশ—নিংথৌ শাগৈ; দহন—(মৈনা চান্নগা তুম্বগুম) তুমহন্‌বা ওইরিবা; অনপবর্গ—ময়েং তাবা লৈতনা; বীর্য্য—থৌনা; (অনপবর্গবীর্য্য—হে থৌনাগী ময়েং তাদবা ইবুংঙো); গোবিন্দ—হে গোলোক ধামগী মপু; গো শল অমোমশিংগী; দ্বিজ—ব্রাহ্মণ; সুর-দেবতাশিং; আর্তিহর—অৱাবা কোকহন্নবা; অবতার—নোংশুম্নকপা হে ভগবান; যোগ-ঈশ্বর—যোগ শক্তি পুম্বগী হে মপু; অখিল-বিশ্বজগৎকী; গুরো—হে গুরু; ভগবন্—ভগ (লন) পুম্নমক্কী মপু; নমঃ তে—নঙোন্দা খুরুমজে।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে কৃষ্ণ, হে অর্জুনগী মরূপ, হে বৃষ্ণি শাগৈগী মকোক, নহাক পৃথ্বী-দ্রোহী ওইবা নিংথৌ শাগৈ পুম্বব্ তুমহনবনি। নঙগী থৌনাদি চাং থক তাদে। নহাক গোলোক ধামগী মপুনি (গোবিন্দ); নহাক্না শল-ব্রাহ্মণ অমদি দেবতাশিংগী অৱাবা কোকহনবিগে হায়না অবতাঁর তৌখিরকপনি। যোগ শক্তি পুম্নমক্কী মপুনি নহাক, অদুগা নহাক বিশ্বজগৎ পুম্বগী গুরুনি। নহাক সর্ব্বশক্তিমান্ ভগবান্নি, অদুনা ঐনা নহাকপু খুরুমজৈ।

নৈনরোল

পরমেশ্বর ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী মরমদা শম্পৎপা বর্ণনা অমা শ্রীমতি কুন্তীদেবীনা তৌরি। ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী নিত্য ধাম লৈ, মফমদুদা মহাক্না মাগী সুরভি কৌবা শন্মোমশিংদু লোইরি। মহাকপু লক্ষী লীশিং লক্ষানা সেবা তৌই। মহাক্না মাগী ভক্তশিংবু উদ্ধার তৌগে হায়বগীদমক অমসুং শাসন পাররিবনি হায়বা মীওৎপা রাজনৈতিক কাণ্ডবু অমদি নিংথৌশিংবু তুম্না হাৎনবগীদমক প্রাকৃত ব্রহ্মাণ্ডদা অবতার তৌই। মহাক্না মাগী অসীথৈ নাইদবা শক্তি শীজিন্নদুনা সৃষ্টি, পালন (য়োকপা) অদুগা প্রলয় তৌই। অদুমক্তদা মাগী মথৌনা মপাঙলগী চাং তাবা লৈতে। অদুম বীর্য্যশালী ওইদুনা লৈ। শন্মোম, ব্রাহ্মণ অমসুং ভগবৎ-ভক্তশিংদা মহাক্না থোইদোক্না পুক্নীং থিংজল্লি, মরমদি মথোয়সে জীবশিংগী য়াইফনবগী মরমদা য়াম্না কান্নবা ওাক্লি।

শ্লোক ৪৪

**সুত উবাচ**

**পৃথয়েখং কলপদৈঃ পরিণূতাখিলোদয়ঃ।**
**মন্দং জহাস বৈকুণ্ঠো মোহয়ন্নিব মায়য়া॥ ৪৪॥**

### শব্দার্থ

সূত উবাচ—শ্রীসূতনা হায়রম্মী; পৃথয়া—পৃথানা; ইথম্—মতৌ অসুম্না; কলপদৈঃ—অথ্‌ম্বা ৱাহৈনা, পরিণুত—স্তব তৌনরিবা; অখিল—জগৎ-শিল্লিবা; উদয়ঃ—গৌরব মহিমা; মন্দম্—মোমোন্না; জহাস—নোক্লম্মী; বৈকুণ্ঠঃ—(অৱাবা লৈতবা) শ্রীকৃষ্ণ ভগবান্‌না; মোহয়ন্—শুমহৎতুনা; ইব—ঙুম্না; মায়য়া—মায়াশক্তিনা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সূত গোস্বামীনা হায়রম্মী—কুন্তীনা মতৌ অসুম্না অথ্‌ম্বা ৱাহৈদা ভগবান্‌গী জগৎ শীন্না স্তব তৌনবিবা মহিমাবু স্তব তৌরক্লবদা প্রাকৃত-নত্তবা বৈকুণ্ঠগী মবুংঙো শ্রীকৃষ্ণনা মাগী মায়ানা শুম-হৎলগা মোমোন নোক্লম্মী।

### নৈনৱোল

জগৎসিদা শুমহৎনবগী মশক ওইবা পোৎ খুদিংবু ভগবান্‌গী মহুৎশিনবা পোৎনি হায়নৈ। প্রাকৃত জগৎকী মপু ওইগে থৌরাংলিবা বদ্ধজীবশিং ফাওববু ভগবান্‌গী মায়ানা শুমহৎলি। মহাক্কী ভক্তশিংবুনা মাগী মহিমানা অতোপ্পা মওংদা শুমহৎলী অদুগা মখোয়দা মাগী কৃপা হৈথবী। বীজুলি শক্তিনা মওং মওংদা ঙম্বগুম ভগবৎ-শক্তিসু মথল মথাগী মওংদা উৎলি। শ্রীমতী কুন্তীদেবীনা ভগবান্‌গী মহিমা মচেৎ অমতং পল্লগা ভগবান্‌দা স্তব তৌজরম্বনি। মহাক্কী ভক্তশিং পুম্বনা মওং অদুম্না মহাকপু অথুম্বা ৱাহৈদা স্তব তৌই, মরমদুনা ভগবান্‌বু 'উত্তমশ্লোক' (ফজরবা ৱাহৈগী শ্লোক লেংলগা মহাকপু শক-শোম্নৈ হায়বগীদমক) কৌনৈ। ভগবান্‌গী মহিমা বর্ণনা তৌবদা ওন্নবা অথন্নবা থাহে লৈতে। অদুমকপু অঙাং পীশক্না লোন থোক্নম থোক্তগুম ঙাঙথোরকপা ৱাহৈনা মপাবু পেলহনবগুম ভগবান্‌সু মখোয়গী অৱাৎপা নাইবা স্তব অদুদা অদুম পেল্লী। মায়া শব্দসি মায়া অমসুং প্রেমগী অর্থদা শীজন্নৈ। মফমসিদা ভগবান্না কুন্তীদেবীদা প্রেম (নুংশিবা) থিন্দোকপগী অর্থদা শীজন্নরিবনি।

### শ্লোক ৪৫

**তাং বাঢ়মিত্যুপামন্ত্র্য প্রবিশ্য গজসাহ্বয়ম্।**
**স্ত্রিয়শ্চ স্বপুরং যাস্যন্ প্রেম্ণা রাজ্ঞা নিবারিতঃ॥ ৪৫ ॥**

### শব্দার্থ

তাম্—মখোয়দুবু; বাঢ়ম্—য়ারদুনা; ইতি—অসুম্না; উপামন্ত্র্য—মথঙদা খঙহন্লগা, প্রবিশ্য—চঙদুনা; গজসাহ্বয়ম—হস্তিনাপুরদা. স্ত্রিয়ঃ চ—অতৈ নুপীশিংসু; স্বপুরম্—মশাগী পুর দ্বারকাদা; যাস্যন্—যাত্রা তৌরবদা; প্রেম্ণা—প্রেমগা লোয়ননা; রাজ্ঞা—নিংথৌনা; নিবারিতঃ—থামখি।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতৌ অসুম্না শ্রীমতী কুন্তীদেবীগী স্তব অদু য়ারগা, ভগবান্‌না হস্তিনাপুরদা চঙদুনা অতৈ মহিলাশিংদা মহাক্না মশাগী পুরদা (দ্বারকাদা) লেঙগদবগী পাউ তাক্লুরবা তুদা রাজা যুধিষ্ঠিরনা প্রেম য়াওনা হায়জদুনা মহাকপু (কৃষ্ণবু) থামখি।

### নৈনৱোল

শ্রীকৃষ্ণনা দ্বারকাদা পাংলগে হায়না তৌরম্বদুদা কনামতনা মাবু হস্তিনাপুরদা লৈথহনবা কনানসু ঙমফম থোক্তে, অদুবু নুমিৎ খরনিদংগা লৈথবিখো হায়না রাজা যুধিষ্ঠিরনা চুম্না হায়জবদু খুদক্তা

য়াবিরমখি। মসিনা করি তাকপগে হায়বদু রাজা যুধিষ্ঠিরগী শক্তিদি মাগী প্রেম অদুনি, মদুদা ভগবান্না য়াদবা ঙমখিদে। মতৌ অসুম্না সর্ব্বশক্তিমান্ ভগবান্দু জন্ন তৌবদি প্রেমন্তননি অতৈ পাম্বে অমনা নত্তে। মহাক্তি থবক থুদিংমক্তা মনীঙ-মখা তম্বনি, অদুবু মহাক মাগী শুদ্ধ-ভক্তশিংগী প্রেমগী লমনদি মশা মথন্তনা শিংঙি।

শ্লোক ৪৬

**ব্যাসাদ্যৈরীশ্বরেহাজ্ঞৈঃ কৃষ্ণেনাদ্ভুতকর্ম্মণা।**
**প্রবোধিতোঽপীতিহাসৈর্নাবুধ্যত শুচার্পিতঃ ॥ ৪৬ ॥**

শব্দার্থ

ব্যাস-আদ্যৈঃ—ব্যাসনচিংবা মহর্ষিশিংনা; ঈশ্বর—পরমেশ্বর ভগবান্; ইহা—ইচ্ছানা; জ্ঞৈঃ—অথঙবশিংনা; কৃষ্ণেন—কৃষ্ণ মশামক্না; অদ্ভুত-কর্ম্মণা—অঙকপা থবক তৌবা মানা, প্রবোধিতঃ—থেমজল্লবা; অপি—সু; ইতিহাসৈঃ—ইতিহাসদগী প্রমাণশিংনা; ন অবুধ্যত—খঙলমদে; শুচা-অর্পিতঃ—অরাবনা থল্লম্লবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ব্যাসনচিংবা মহর্ষিশিংনা অদুগা অঙকপা থবক্তা তৌবা ভগবান্ কৃষ্ণ মশামক্না পাওতাক পীনা পীনা অদুগা ইতিহাস-তগী প্রমাণ কয়া উৎলবফাওবদা মথরাই শুংঙাইরমদবা রাজা যুধিষ্ঠিরদো পুক্নীংদা শান্তি ফংলমদে।

নৈনরোল

ধর্ম্মচেনবা যুধিষ্ঠির নিংথৌদো কুরুক্ষেত্রগী লানদা মী ময়াম হাংখিবদুদা, থোইদোক হেন্দোক্না মহাক্কী মরম ওইখিবদুনসু, মথরাই য়াম্না সুংঙাইখিরমদে। দুর্য্যোধন অদো সিংহাসন মথক্তা ফম্লম্মী অদুগা মহাক লৈপাকসু নিংথিনা ঙাক্লম্মী। অমরোমদা য়েংলুরবদি লাল তৌদবা য়ারম্মী। অদুবু অদুগা মহাক লৈপাকসু নিংথিনা ঙাক্লম্মী। অমরোমদা য়েংলুরবদি লাল তৌদবা য়ারম্মী। অদুবু অদুগা মহাক লৈপাকসু নিংথিনা ঙাক্লম্মী। অমরোমদা য়েংলুরবদি লাল তৌদবা য়ারম্মী। রাজনীতিগী রা পুম্নমক রাফমসিনা ন্যায় বিচারগী মথক্তা যুধিষ্ঠিরনা মাগী মফম শিন্বা তারম্বদনি। রাজনীতিগী রা পুম্নমক রাফমসিনা ন্যায় বিচারগী মথক্তা যুধিষ্ঠিরনা মাগী মফম শিন্বা তারম্বদনি। অদুগা পৃথিবীগী নিংথৌশিং অমম্মুং মখোয়গী মীশিংনা খংনরিবা মচিন্নাওশিংগী কেন্দ্র ওইরম্মী। অদুগা পৃথিবীগী নিংথৌশিং অমম্মুং মখোয়গী মীশিংনা খংনরিবা মচিন্নাওশিংগী কেন্দ্র ওইরম্মী। ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণসু রাজা যুধিষ্ঠিরগী মীচঙদা লাল য়াওরম্মী। মহাভারতকী আদি-লালসিদা য়াওরম্মী। ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণসু রাজা যুধিষ্ঠিরগী মীচঙদা লাল য়াওরম্মী। মহাভারতকী আদি-পর্ব্বদা (২০) হায়রম্বদি মীশিং ৬৪০,০০০,০০০ পু যুরুক্ষেত্রগী লানগী দুমীৎ তরানিপালগী মনুঙদা হাংখি অদুগা মী কোটি কোটি থিবা খঙখিদে হায়বসিনি। থাঙমৈমক শেংবদি চহী লীশিং মঙারোমসিগী মনুঙদা পৃথিবীগী খ্বাইদগী চাওবা লাঞ্জাওনি অসিনা।

মহারাজ যুধিষ্ঠিরবু সিংহাসন ফমহন্নবগীদমক্তা মীয়াম চবুন ওইনা হাংখিবসি থরাই য়াম্না শোক্লিংঙাইনি, মরমদুনা ইতিহাসতগী প্রমাণ কয়া পুথোক্লগা লান্দু ন্যায়-যুদ্ধনি, অচুম্বা মরমগীদমক শোক্লবনি হায়দুনা ব্যাসনচিংবা মহর্ষিশিংনা অদুগা ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণ মশামক্না যুধিষ্ঠির মহারাজবু থেমজন্নবা হোৎনখি। মতমদুগী শীঙথানঙাই ওইরবা অচৌবা মীতাশিংনা পাওতাক পীরম্নবসু মহারাজ যুধিষ্ঠিরগী মপুক্নীংদা শান্তি ফংলমদে। শ্লোকসিদা শ্রীকৃষ্ণবু অঙকপা থৌদৌ তৌবনি হায়রি, অদুবু মতাঙ অসিদদি মহাকসু শ্রীব্যাসসু যুধিষ্ঠির নিংথৌবু থেমজনবা ঙম্মদে। মসিগী অর্থবু শ্রীকৃষ্ণদু 'অদ্ভুত কর্ম্মা' নত্তে হায়গদৌরিবরা? নত্তে নত্তে, অশেংবা অদু নত্তে। ভগবান্দো ঈশ্বর ওইনা হায়বদি যুধিষ্ঠির নিংথৌ অমদি ব্যাস অনীমক্কী থম্মোইদা পরমাত্মা ওইনা অমুক হেন্না মীনা তৌনবদগী হেন্দোকপা অমদি থোইনা হেন্না অঙকপা থৌদৌ অমা তৌরম্মী, তৌরম্লিবদি ভগবান্না মদু পাম্লম্বননি।

নিংথৌ যুধিষ্ঠিরগী পরমাত্মা ওইনা মহাক্না যুধিষ্ঠিরবু ব্যাসনচিংবা মী পুম্নমকী পাওতাক করি হায়নি ভগবান্ মশামকী না কাওবা লৌহল্লমদে, মরমদি যুধিষ্ঠির নিংথৌনা শিগদৌরবা ভীষ্মদেবগী পাওতাক লৌবত্থু ভগবান্না পামখি। ভীষ্মদেবদি অচৌবা ভগবৎ-ভক্ত অমনি। ভগবান্না পান্নবদি মহারথী ভীষ্মদেবনা মাগী পুন্সি লোইরমদাইদা ভগবান্বু হকথেংননা উবা অত্থুগা হৌজিক সিংহাসন মথক্তা কারবা যুধিষ্ঠির-নচিংবা মশুশিংবু উবা, অত্থুগা অত্থুম্না উরগা য়াম্না শান্তি ওইনা থরাই থাবা— অসিনি। পন্থৌ কায়নরবা মুংশিরবা মশু পাণ্ডবশিংগা লাপ্থেংনবদো ভীষ্মদেবগী করিমত্তা পেন্নভাই ওইরমদে। অত্থুবু ক্ষত্রিয়শিংদি য়াম্না নিয়ম চেৎপা মী ওাক্নি, মরমত্থুনা দুর্য্যোধনগী মচেঙনা হিংলকপনিনা দুর্য্যোধনগী মীচঙদা লৈবা তারম্মী। অত্থুগা অমুক ভগবান্না পান্নবদি ভীষ্মদেবগী পাওতাক্না নিংথৌ যুধিষ্ঠিরনা শান্তি ফংবা অত্থুগা ভীষ্মদেবসি কৃষ্ণ য়াওনা মী পুম্নমক্তগী জ্ঞান লৈবা হেল্লী হায়বসি জগৎনা খঙবা—অসিনি।

শ্লোক ৪৭

**আহ রাজা ধর্ম্মসুতশ্চিন্তয়ন্ সুহৃদাং বধম্।**
**প্রাকৃতেনাত্মনা বিপ্রাঃ স্নেহমোহবশংগতঃ ॥ ৪৭ ॥**

শব্দার্থ

আহ—হায়রম্মী; রাজা—নিংথৌ যুধিষ্ঠিরনা; ধর্ম্মসুতঃ—ধর্ম্মগী (যমরাজগী) মচানুপা; চিন্তয়ন্—চিন্তা তৌত্থুনা; সুহৃদাম্—মরী মতাশিংগী; বধম্—হাৎপা; প্রাকৃতেন—বিবেক লৈতবদগী; আত্মনা—চিত্তনা; বিপ্রাঃ—হে ব্রাহ্মণশিং; স্নেহ—মুংশিবা; মোহ—পঙথবা; বশম্—মখা পোনবা; গতঃ—ওইখি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ধর্ম্মগী মচানুপা যুধিষ্ঠির নিংথৌনা মরীমতাশিংবু হাৎপগী রাত্থু মাগী বিবেক-য়াওদ্রবা থম্মোইনা চিন্তা তৌর-তৌরত্থুনা মুংশিবদগী পঙথখিবা হায়বত্থু ওইরত্থুনা হায়রকখি।

নৈনরোল

মীচম অমগুম্না রাকম থোক্তবনি হায়না থম্নরম্নবত্থু নিংথৌ যুধিষ্ঠিরত্থু ভগবান্গী ইচ্ছাদগী মায়িক স্নেহনা পঙথরম্মী (অর্জ্জুনবু পঙথহনবা অত্থুগুম্বনি)। অউবা মীদি জীবসে হকচাঙত্থু নত্তে পুক্নীংত্থু নত্তে, প্রাকৃত জীবনগী রাংমদা লৈবনি হায়বত্থু য়াম্না মুম্না খঙভি। মীচম্না হিংসা-অহিংসাগী রাখল খল্লকপসে হকচাঙগী না লাক্লগদনি, অত্থুবু রাখন্দুদি মায়িক মোহ জাৎ অমনি। মী খুদিংমক পায়রু পায়রুবা মশিনগীদমক মথৌনা পুল্লবনি। ক্ষত্রিয়গী তৌদবা য়াত্রবা মথৌদি মাগী য়েক্লবদো করম্বা মীতানো হায়বত্থু য়েংদবমখৈ অচুম্বা মরমগীদমক লান তৌবনি। অম্তুম্না মথৌ পাঙথোকপদা জীব আত্মাগী ফিজোনগুম্বা ভৌতিক দেহ মাঙহনবগী রাফমনা য়েৎপা চুমদে। মসি পুম্নমক মহারাজ যুধিষ্ঠিরনা চপ চানা খোৎ-খোৎপা খঙবনি, অত্থুবু ভগবান্গী ইচ্ছানা মহাক মীচম অমগুম চৎলম্মী, মরমদি মাবু পঙথহনবগী মরম ওইনা রাখল অরাংবা অমা লৈরম্মী; মত্থুদি—ভগবান্না অর্জ্জুনদা পাওতাক পীবগুম্না ভীষ্মবু যুধিষ্ঠিরদা পাওতাক পীহনগে হায়বা রাখল অসিনি।

শ্লোক ৪৮

**অহো মে পশ্যতাজ্ঞানং হৃদি রূঢ়ং দুরাত্মনঃ।**
**পারক্যস্যৈব দেহস্য বহ্ব্যো মেহক্ষৌহিণীর্হতাঃ ॥ ৪৮ ॥**

### শব্দার্থ

অহো—ওকয়িদা; মে—ঐগী; পশ্যত—য়েংঙ্নসে; অজ্ঞানম্—খঙদবা; হৃদি—থম্মোইদা; রূঢ়ম্—মরা-ভারবা; দুরাত্মনঃ—পাপ-চেনবগী; পারকস্য—অতোপ্পা মীগী; এব—লেপ্পমক; দেহস্য—হকচাঙগী; বহ্ব্যঃ—য়ায়া য়ায়বা; মে—ঐনা; অক্ষৌহিণীঃ—অক্ষৌহিণী; হতাঃ—হাৎলবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

যুধিষ্ঠির মহারাজনা হায়রম্মী—ওস্তোকইদা ঐগী লাইহৌবসে! ঐহাক পাপ-চেনবা মকোক্নি। ঐগী পঙথবা থম্মোইসে য়েংঙ্নসে! অতোপ্পগী ওইগদবা দেহগীদমক অক্ষৌহিণী লাম্মী কয়া য়াম্মা হাৎথ্রবা!

### নৈনরোল

অক্ষৌহিণী অমদা দোলাই-রথ ২১,৮৭০, শামু ২১,৮৭০ খোঙমী ১,০৯,৬৫০ অমুগা শগোলতোংবা লাম্মী ৬৫,৬০০ য়াওই। কুরুক্ষেত্র লানফমদা হাৎখিবা অক্ষৌহিণী মশীঙ য়ামথ্রে। পৃথিবীদা খ্বাইদগী হেন্না ধর্ম্ম চেনবা নিংথৌ অমা ওইনা মহারাজ যুধিষ্ঠিরনা অসুক য়াম্বা মী হাৎখিবগী দায়িত্ব লৌরম্মী মরমদি লান অমু মহাকপু সিংহাসন ফংহন্নবগীদমক শোক্লখিবনি। হায়গেমথৈ হায়সনু হকচাঙ হায়বসিদি মী অতৈগীদমক্নি। হকচাঙদা থরাই লৈরিবা মতমগী মথৈ হকচাঙমু মী অতৈগী সেবাগীদমক্নি, অমুগা থরাই য়াওদমুনা শিরবা হকচাঙমু হুই-লমহুইনচিংবগী মচীঞ্জাক ওইনবনি। অনিত্য দেহগীদমক মী অসুক য়াম্মা হাৎখিবগীদমক মথরাই রারম্মী।

### শ্লোক ৪৯

**বালদ্বিজসুহৃন্মিত্রপিতৃভ্রাতৃগুরুদ্রুহঃ।**
**ন মে স্যান্নিরয়ান্মোক্ষো হ্যপি বর্ষাযুতাযুতৈঃ॥ ৪৯॥**

### শব্দার্থ

বাল—মুপামচাশিং; দ্বিজ—অনীরক পোক্লবা (ব্রাহ্মণশিং); সুহৃৎ—মরী মতাশিং; মিত্র—মরূপ মপাঙশিং; পিতৃ—ইপা ইতোনশিং; ভ্রাতৃ—ইচিন-ইনাওশিং; গুরু—গুরুশিং; দ্রুহঃ—(মথোয়সিবু) হাৎপা মী; ন—কদৌঙৈদসু নত্তে; মে—ঐগী; স্যাৎ—ওইগনি; নিরয়াৎ—নরক-কোমদগী; মোক্ষঃ—লাম্থোকপা; হি—লেপ্পমক; অপি—সু; বর্ষ—চহী; অযুতা—অযুত অমা (লীশিংতরা); যুতৈঃ—তিনশিল্লবসু।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ঐনা মুপামচা, ব্রাহ্মণ, মরীমতাশিং; মরুপ মপাং, ইপা ইতোন, গুরু অমসুং ইচিন ইনাও য়াম্মা হাৎখ্রে। চহী অযুত অমা হিংলবসু ঐহাক নরক কোমদগী লাম্থোকপা ঙম্মরোই।

### নৈনরোল

লান অমা হেক থোকপদা লাঞ্জদবা মী কয়া হায়বদি অঙাং মুপামচাশিং, ব্রাহ্মণশিং অমুগা নুপী-নহাশিং য়াম্মা য়াম্মা হাৎলী। মথোয়সিবু হাৎপদি খ্বাইদগী চাউবা পাপকী থবক্নি হায়। মথোয়শিং পূন্নমকসে লাঞ্জদবা মী ঙাকনি, অমুনা মথোয়বু হাৎপদি ফীভম অমদবু ওইরবসু হাৎপা য়াদে হায়না শাস্ত্রনা থিঙঙী। মহারাজ যুধিষ্ঠিরনা অস্থুম্মা পূল্লপ হাৎপগী বা থঙলম্মী। চপমান্নবা মায়কৈ অনীমক্তা মরূপ-মপাঙ, মপা মপু অমসুং গুরুজন কয়া য়াওরম্মী। মথোয় লোইনমক হাৎথ্রবনি। অদিগুম্বা মীহাৎকী বা থল্লুবদা মহাকী মকমদা কিনঙাই ওইথি। মরমমুনা মহাক চহী অযুত অমা নরক্তা লৈবা পাম্মী।

শ্লোক ৫০

**নৈনো রাজ্ঞঃ প্রজাভর্ত্তুর্ধর্ম্মো যুদ্ধে বধো দ্বিষাম্।**
**ইতি মে ন তু বোধায় কল্পতে শাসনং বচঃ ॥ ৫০ ॥**

শব্দার্থ

ন—করিদৌঙৈদসু নত্তে; এনঃ—পাপ; রাজ্ঞঃ—নিংথৌগী; প্রজাভর্ত্তুঃ—প্রজাবু য়োকপা মীগী; ধর্ম্মঃ—ধর্ম্মনি; যুদ্ধে—লান্দা; বধঃ—হাৎপা; দ্বিষাম্—য়েক্লবশিংবু; ইতি—মসি পুম্বা; মে—ঐগী; ন—নত্তে; তু—অদুবু; বোধায়—শান্তি ওইনবা; কল্পতে—ওইয়ে; শাসনম্—রারক-রাতেন্নবা; বচঃ—রাহৈশিং।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

লান্দা য়েক্লববু হাৎপা হায়বসি প্রজা-য়োকপা নিংথৌগী ধর্ম্মনি পাপ নত্তে হায়বা শাস্ত্রগী বচনশিংসে ঐগী শান্তি ওইনবনি হায়না লৌবা য়াদে।

নৈনরোল

মহারাজ যুধিষ্ঠিরনা খল্লম্বদি—দুর্য্যোধন-না প্রজাগী অমাঙবা অমতা তৌদবমথৈ লৈপাক ঙাক্লম্বগী থবক্তুনা মহাক (যুধিষ্ঠির) তশেংনা য়াওরমত্রবসু মী ময়াম হাৎহল্লুবসি মানা দুর্য্যোধনগী মথুত্তগী রাজ্য মাগী ওইনা ফংনবা তৌরুবদগীনি। হাৎপগী থবক্তো শাসন তৌবগী চৎথরকপদা হাৎখিবা নত্তে, মশাগী অচৌরম কাননবগীদমক্তুনি। মতৌ অসিনা মহাক পাপ পুম্নমক্তুগী দায়ীনি হায়না খল্লম্মী।

শ্লোক ৫১

**স্ত্রীণাং মদ্ধতবন্ধূনাং দ্রোহো যোঽসাবিহোত্থিতঃ।**
**কর্ম্মভির্গৃহমেধীয়ৈর্নাহং কল্প ব্যপোহিতুম্ ॥ ৫১ ॥**

শব্দার্থ

স্ত্রীণাম্—নুপীশিংগী; মৎ—ঐনা; হত-বন্ধুনাম্—হাৎখিবা মরীমতাশিংগী; দ্রোহঃ—য়েংথীবা; যঃ—মদু; অসৌ—পুম্নমক্তু; ইহ—অসিদা; উত্থিতঃ—থোক্লক্লে; কর্ম্মভিঃ—থবকশিংনা; গৃহমেধীয়ৈঃ—সংসার-য়ুম্বানগী য়াইফনবগী তৌবা; ন—নত্তে; অহম্—ঐ; কল্প—ওই হায়না খল্লী; ব্যপোহিতুম্—কোকহনবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ঐনা হাৎলুবা মীশিংগী নুপীশিংনা ঐবু য়েংথীবদু কয়াদা য়ৌপ্রবগে হায়ববু ঐনা মখোয়গী য়াই-ফনবা-কয়া তৌদুনসু কোকহনবা ঙম্নরোই।

নৈনরোল

লম্ছুম চাওখৎনবগীদমক য়াইফ-থৌরম পাঙথোকপনা মখৌ ওইরিবা মীতাশিংবু 'গৃহমেধী' কৌয়ি। অসিগুম্বা লম্ছুমগী চাওখৎপসি পাপ তৌরুবদি য়ৈথায়বা লাকয়ি, মরমদি সংসারীনা মখোয়গী থবক অদু তৌরকপদা মখোয়না তৌনিংত্রবসু পাপ কয়া তৌয়ি। অসিগুম্বা পাপশিংগী ফল কোক্লবা হায়দুনা বেদনা যজ্ঞ মখল কয়া তৌননবা তাক্লী। অশ্বমেধ যজ্ঞ তৌরগা ব্রহ্মহত্যাগী (ব্রাহ্মণ হাৎপগী) পাপ কোকয়ি হায়না বেদনা হায়রি।

যুধিষ্ঠির মহারাজনসু অশ্বমেধ যজ্ঞসি তৌখি, অদুবু অসিগুম্বা যজ্ঞ তৌবা ঙাক্তুনা মহাক্না তৌখিবা পাপ ময়ামদু কোকপদি ওইথোক্লোই হায়না মহাক্না খল্লী। লান্দা মপুরোইবা, মবুংমোপরা, মপা, মচা কাওবা লান্দা চৎলী। মখোয়বু হাৎলবা মতমদা অনৌবা মখল্লগী য়েংথীনবা অমূক-পোক্লকয়ি। অসুম্না কর্ম্মগী ফল অমূক পরেং শানা চৎথরকপদুনা মদু পুম্না কোকহনবদি অশ্বমেধ যজ্ঞ লীশীঙ লীশীঙনসু ঙম্বা হায়বদু ওইথোক্তে।

কর্ম্মগী মতৌদি অদুনি। মতম অমতদা থবক অমগা ফল অমগা লোইনরকয়ি, মতৌ অম্সুন্না সংসারদা ভৌনরিবা কর্ম্ম ময়ামগী মশম-মশম শয়খিবনা থবক ভৌন্নিবা মীত্তুবু কর্ম্মনা পুনবা হায়বত্তু ওই। অসিগুম্বা কর্ম্মগী লোইবা নাইদবা ফলশিংসি থিংগে হায়রবদি পরমেশ্বর ভগবান্গীদমক্তি হায়না থবক খূদিংমক তৌরবদদা থিংবা ঙমগনি হায়না শ্রীমদ্ভগবদ্গীতানা হায়রি (৯ | ২৭-২৮)। কুরুক্ষেত্রগী লান্দু তশেংনমক পরমেশ্বর ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী ইচ্ছাদগী শোক্লখিবনি অদুগা মহাক্কী ইচ্ছাতনা যুধিষ্ঠিরবু হস্তিনাপুরগী সিংহাসন মথক্তা ফম্হনখিবনি। মরমসিনা, অঙইবা হায়বা ভারবদি পাপ অমতনা পাণ্ডবশিংদা শোক্লমদে, করিনা মখোয়দি ভগবান্গী য়াথং পাঙথোক্লম্লিবনি। মখোয়সিগুম্বা নত্তবা অতৈগীদি, মখোয় মশাগী লন্নাই অতোংবা অমা ফংগে হায়বগীদমক শোক্লবা লান্নীনা মত্তুগী দায়িত্ব পুন্নমক মখোয়না পুগনি।

শ্লোক ৫২

**যথা পঙ্কেন পঙ্কাম্ভঃ সুরয়া বা সুরাকৃতম্।**
**ভূতহত্যাং তথৈবৈকাং ন যজ্ঞৈর্মাষ্টুমর্হতি॥ ৫২॥**

শব্দার্থ

যথা—গুম্না; পঙ্কেন—লৈখোম্না; পঙ্কাম্ভঃ—লৈখোমগা তিন্নরবা ঈশিং; সুরয়া—যুনা; বা—নত্রগা, সুরাকৃতম্—য়ু মরীক অমনা শোক্লুনা মাঙববু; ভূত-হত্যাম্—জীব হাৎপবু; তথা—অদুগুম্না; এব—লেপ্পমক; একাম্—অমবু; ন—নত্তে; যজ্ঞৈঃ—যজ্ঞ ময়ামনা; মাষ্টুম্—শেংদোকপা; অর্হতি—মতীক ওই; (ন অর্হতি—মতীক ওইদে)।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

লৈখোম্না নৈরবা ঈশিংবু লৈখোম্না শেংদোকপা য়াদবগুম্, য়ু মরীক্তা মাঙলবা চকুবু য়ুনা শেংদোকপা য়াদবগুম মী হাৎপবু জীব-হাৎপা যজ্ঞনা কোকহনবা য়াদে।

নৈনরোল

অশ্বমেধ (শগোল-হাৎপা) যজ্ঞ অদুগা গোমেধ (শল হাৎপা। যজ্ঞশিংসে জীব হাৎপগীদমক্তা তৌবা যজ্ঞ নৎতে। যজ্ঞগী বেদীদা হাৎপা শাশিংসে অমুক অনৌবা হকচাঙ ফংহল্লগা পুন্সি অমা ফংহল্লী হায়না শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা হায়বিরম্মী। বেদমন্ত্রশিংসে কয়ামূক থবক পাঙথোক-ঙম্বগে হায়বত্তু প্রমাণ তৌনবগীনি। বেদমন্ত্র চুম্না থীরগা অঙইবমক যজ্ঞ-তৌবা মীগী পাপ কোকযি। অদুগা হৈতবা মীনা খৌরাংতুনা নিয়ম চুমদবমখৈ যজ্ঞ তৌরবদি জীব হাৎপগী দায়ী মানা শোইদনমক ওইগদবনি। কলিগী তৌশল্লবা যুগ অসিদদি যজ্ঞ তৌবা হৈবা ব্রাহ্মণ লৈত্রবনিনা অসিগুম্বা যজ্ঞ তৌবদি ওইথোকপা নত্তরে। মরমতুনা যুধিষ্ঠিরনা কলি-যুগদা তৌগদবা যজ্ঞগী মতাঙদা ইঙ্গিত অমা পীরম্বনি। কলি যুগদা তৌ হায়বা যজ্ঞ অমতা ভারবদি শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা তোঁদোকপিরম্বা হরিনাম যজ্ঞনি। তৌইগুম্বসুং কনাগুম্বনা জীব হাৎলগা হরি-নাম যজ্ঞ তৌতুনা পাপ কোক্লবা তৌগদবা নত্তে। ভগবান্গী ভক্তশিংদি লন্নাই পেন্নবগীদমক জীব অমতা হাত্তে অদুগা (অর্জুন-দা ভগবান্না তাকপিরম্বগুম্না) মখোয়না ক্ষত্রিয় অমগী মথৌ তৌবদসু হন্বা লৈতে। মরমসিনা ভগবান্গী ইচ্ছাগীদমক থবক খুদিংমক তৌরবদি উদ্দেশ্য পুম্বা পাঙথোক্লে।

অমুয়া ব্রহ্মসূত্র ভাষ্য শ্রীমদ্ভাগবতম্গী অহান্বা স্কন্দদা মহারাণী কুন্তীগী প্রার্থনা কৌবা নীপাল-গুবা অধ্যায়গী ভক্তিবেদান্ত নৈনরোল লোইরে।

# মাপলগুবা অধ্যায়

## শ্রীকৃষ্ণ দর্শন তৌনা ভীষ্মদেবনা সংসার থাদোকপা

শ্লোক ১

সূত উবাচ

**ইতি ভীতঃ প্রজাদ্রোহাৎ সর্ব্বধর্ম্মবিবিৎসয়া ।**
**ততো বিনশনং প্রাগাদ্‌যত্র দেবব্রতোঽপতৎ ॥ ১ ॥**

শব্দার্থ

সূত উবাচ—শ্রীসূত গোস্বামীনা হায়রকই; ইতি—অসুম্না; ভীতঃ—কিরবা (ওইরদুনা); প্রজা-দ্রোহাৎ—প্রজা হাৎলুবনা; সর্ব্ব—পুম্নমক; ধর্ম্ম—ধর্ম্মগী থবক; বিবিৎসয়া—খঙনীংবা মরম্না; ততঃ—অদুগী তুংদা; বিশনম্—লানশোক্লরমফমদা (কুরুক্ষেত্রদা); প্রাগাৎ—চৎখিরম্মী; যত্র—মফমদুদা; দেবব্রতঃ—ভীষ্মদেব; অপতৎ—তুদুনা তাবম্মী ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সূত গোস্বামীনা হায়রম্মী—অদুগী তুংদা প্রজা হাৎলুবদগী কিরম্নবা যুধিষ্ঠিরনা ধর্ম্মগী মরম পুম্নমক খঙনীংদুনা দেবব্রতনা (ভীষ্মনা) তেনজৈনা ওইবা ফমুংথক্তা তাদুনা লৈরিবা মফম কুরুক্ষেত্রদা লেঙখিরম্মী ।

নৈনরোল

মাপলগুবা অধ্যায়সিদা ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী ইচ্ছা মতুং ইন্না ভীষ্মদেবনা মহারাজ যুধিষ্ঠিরদা ধর্ম্মতত্ত্বগী (মীওইবগী শিল্লমগী) পাউতাক পীগদৌরি । ভীষ্মদেবনা মর্ত্ত্যভূমিসিদগী চৎলমদাইগী মতমদা শ্রীভগবান্‌গী মফমদা অরোইবী স্তবস্তু তৌগদৌরি অদুগা অসুম তৌদুনা মায়ালাংদগী মুক্তি ফংগদৌরি । মহাকী প্রাকৃত দেহদু থাদোকনীংবা মতমদা থাদোকপা ওস্বগী শক্তিদু ভীষ্মদেবনা চেন্নম্মী । অদুনা মহাক্না শরশয্যাদা (তেনগী ফমুংদা) হীপ্লম্বদু মহাক্না পাম্বদগী তৌরম্বনি । লাম্নী অচৌবসিনা শিবদুদা মতমদুগী মুনি-ঋষিনচিংবশিংগী মপুক্লীং চিংশনখি; অদুগা মখোয় লোইনমক মহাত্মা ভীষ্মদা হুংশিবা অমসুং সম্মান উৎননবগীদমক মফমদুদা তিনখি ।

শ্লোক ২

**তদা তে ভ্রাতরঃ সর্ব্বে সদশ্বৈঃ স্বর্ণভূষিতৈঃ ।**
**অন্বগচ্ছন্ রথৈর্বিপ্রা ব্যাসধৌম্যাদয়স্তথা ॥ ২ ॥**

শব্দার্থ

তদা—মতম্দা; তে—মখোয়; ভ্রাতরঃ—মচিন্নুপানাওশিং; সর্ব্বে—পুম্নমক্না; সৎ-অশ্বৈঃ—অফবা শগোল্লা চিংলবা; স্বর্ণ—সনা; ভূষিতৈঃ—লৈতেংলবা; অন্বগচ্ছন্—তুং ইল্লম্মী; রথৈঃ—দোলাইরথদা; বিপ্রাঃ—হে ব্রাহ্মণশিং; ব্যাস—শ্রীব্যাস মুনি; ধৌম্য—ধৌম্য (পাণ্ডবশিংগী পুরোহিত); আদয়ঃ—চিংবনা; তথা অতুগসু।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে ব্রাহ্মণশিং, মতমদুদা মহাক্কী মচানাও পুম্নমক্কে অতুগা শ্রীব্যাস ধৌম্য-নচিংবা ব্রাহ্মণশিংনে সনানা লৈতেংলবা অমসুং অফবা শগোল্লা চিংলবা রথশিংদা তোংদুনা তুং ইল্লম্মী।

শ্লোক ৩

**ভগবানপি বিপ্রর্ষে রথেন সধনঞ্জয়ঃ।**
**স তৈর্ব্যরোচত নৃপঃ কুবের ইব গুহ্যকৈঃ॥ ৩॥**

শব্দার্থ

ভগবান্—শ্রীপরমেশ্বর (শ্রীকৃষ্ণ); অপি—সু; বিপ্রর্ষে—হে ব্রহ্ম ঋষি (ব্রাহ্মণ মরক্তা ওইরিবা ঋষি); রথেন—রথদা; সধনঞ্জয়ঃ—ধনঞ্জয়গা (অর্জুনগা) লোয়ননা; সঃ—মহাক; তৈঃ—মখোয়না, ব্যরোচত—ফজরম্মী; নৃপঃ—নিংথৌ; কুবের—লাইশিংগী লঙ্গে শেন্নবা কুবের; ইব—গুম্না; গুহ্যকৈঃ—গুহ্যকশিংনা (কোয়শল্লবা)।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে ব্রহ্মঋষি শৌনক, ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণসু অর্জুনগা লোয়ননা রথদা তোংলগা তুংইল্লম্মী। মতৌ অসুম্না যুধিষ্ঠির মহারাজদু গুহ্যক ময়াম্না কোয়শল্লবা কুবেরগুম্না ফজরম্মী।

নৈনরোল

পাণ্ডবশিংনা ভীষ্মদেবগী মমাংদা লৈরুবদো অচৌ-অশাংগী ফজবা মওংদা উহনবদু ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা পামথি, করিনা মতম তৌরবদি ভীষ্মনা থপ্রেমদাইগী মতমদা মখোয়বু য়াম্না নুংঙাইবা মতৌদো উরগা হরাওজগনি। কুবের লাইয়াম মরক্তা খ্বাইদগী হেন্না লল্লেবা মীনি; অতুগা মফমসিদা মহারাজ যুধিষ্ঠিরদু উবদা কুবেরগুম্মী, মরমদি শ্রীকৃষ্ণ য়াওবা শোভযাত্রাদু মহারাজ যুধিষ্ঠিরগী মতীক চাবা ওইনা থোকখি।

শ্লোক ৪

**দৃষ্ট্বা নিপতিতং ভূমৌ দিবশ্চ্যুতমিবামরম্।**
**প্রণেমুঃ পাণ্ডবা ভীষ্মং সানুগাঃ সহ চক্রিণা॥ ৪॥**

শব্দার্থ

দৃষ্ট্বা—উরদুনা; নিপতিতম্—তারক্লিবা; ভূমৌ—লৈপাক্তা; দিবঃ—অতিয়াদগী; চ্যুতম্—কেল্লকপা; ইব—গুম্না; অমরম্—দেবতা; প্রণেমুঃ—খুরুমজখি; পাণ্ডবাঃ—পাণ্ডবশিংনা; ভীষ্মম্—ভীষ্মদেবদা; স-অনুগাঃ—তুং ইল্লকপশিংগা লোয়ননা; সহ—লোয়ননা; চক্রিণা—চক্র-পায়বা শ্রীকৃষ্ণগা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অত্তিয়াদগী কৃষ্ণথরকপা দেবতাশুম্না লৈপাকথক্তা তারম্বা ভীষ্মদু উবগা পাণ্ডবশিংনা মখোয়গী লোয়নবক্তম্বা মীশিংগা অমস্তুং চক্র-পায়বা শ্রীকৃষ্ণগা লোয়নননা খুরুমখি।

### নৈনরোল

শ্রীকৃষ্ণসি মহারাজ যুধিষ্ঠিরগী মামানা পোকপা মশেম্নি অদুগীমু মথক্তা মহাক অর্জুনগীসু চান্নরবা মশাপ্নি। অদুমকপু পাণ্ডব পরিবারগী মী খুদিংমক্না ভগবান্ কৃষ্ণবু পরমেশ্বর ভগবান্নি হায়বা থজই। ভগবান্না মাগী ভগবান্ ওইবদু কাউদ্রবসু মতম পুম্নমক্তা মীওইবগী মতৌদা চৎলম্মী, মরমদুনা মহাকসু যুধিষ্ঠিরগী মনাও অমনি হায়বগী মতৌদা নোঙ্গারমগদৌরবা ভীষ্মদা খুরুমখি।

### শ্লোক ৫

**তত্র ব্রহ্মর্ষয়ঃ সর্বে দেবর্ষয়শ্চ সত্তম।**
**রাজর্ষয়শ্চ তত্রাসন্ দ্রষ্টুং ভরতপুঙ্গবম্॥ ৫ ॥**

### শব্দার্থ

তত্র—মফমদুদা; ব্রহ্মর্ষয়ঃ—ব্রাহ্মণ মরক্তা য়াওবা ঋষিশিং; সর্বে—পুম্নমক; দেবর্ষয়ঃ—দেব মরক্তা য়াওবা ঋষিশিং; চ—অমস্তুং; সত্তম—হে সাধুলক্তা অথোইবা শৌনক; রাজর্ষয়ঃ—নিংথৌ মরক্তা য়াওবা ঋষিশিং; চ—অমস্তুং; তত্র—মফমদুদা; আসন—লৈরম্মী; দ্রষ্টুম্—য়েংবগীদমক; ভরতপুঙ্গবম্—ভারত শাগেগী অথোইবদুবু।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে সাধু অথোইবা ওইরিবা শৌনক, মফমদুদা ব্রাহ্মণ লকী, দেব-লকী অদুগা নিংথৌলকী মরক্তা য়াওবা ঋষি পুম্নমক্না ভরত নিংথৌগী থারা অথোইবা ভীষ্মবু য়েংগে হায়দুনা মফমদুদা য়াওরম্মী।

### নৈনরোল

পারমার্থিক সাধনাদা সিদ্ধি ফংলবশিংবু ঋষি হায়না খজনৈ। মীপুম খুদিংনা, নিংথৌ ওইগে ওইসনু নত্রগা সন্ন্যাসী ওইগে ওইসনু, অসিগুম্বা পারমার্থিক সিদ্ধি ফংবা য়াই। ভীষ্মদেবসু অসিগুম্বা ঋষিলক্তা অমনি অদুগা মহাক ভরত নিংথৌগী থারা-লক্তা অমনি। ঋষি লোইনক সাধু (অকবা) ভাক্তনি। মখোয় লোইনমক মহাযোদ্ধা ভীষ্ম শিগদৌরে হায়বা পাও তাদুনা মফমদুদা তিল্লম্মী।

### শ্লোক ৬-৭

**পর্বতো নারদো ধৌম্যো ভগবান্ বাদরায়ণঃ।**
**বৃহদশ্বো ভরদ্বাজঃ সশিষ্যো রেণুকাসুতঃ॥ ৬ ॥**
**বশিষ্ঠ ইন্দ্রপ্রমদস্ত্রিতো গৃৎসমদোঽসিতঃ।**
**কাক্ষীবান্ গৌতমোঽত্রিশ্চ কৌশিকোঽথ সুদর্শনঃ॥ ৭॥**

### শব্দার্থ

পর্বতঃ—পর্বত মুনি; নারদঃ—নারদ মুনি; ধৌম্যঃ—ধৌম্য পুরোহিত; ভগবান্—পরমেশ্বরগী অবতার; বাদরায়ণঃ—ব্যাসদেব; বৃহদশ্বঃ—বৃহদশ্ব; ভরদ্বাজঃ—ভরদ্বাজ; সশিষ্যঃ—শিষ্যশিংগা লোয়নবা; রেণুকাসুত—রেণুকাগী মচানুপা পরশুরাম; বশিষ্ঠঃ—বশিষ্ঠ মুনি; ইন্দ্রপ্রমদঃ—ইন্দ্রপ্রমদ; ত্রিতঃ—ত্রিত; গৃৎসমদঃ—গৃৎসমদ; অসিতঃ—অসিত; কাক্ষীবান্—কাক্ষীবান্; গৌতমঃ—গৌতম; অত্রিঃ—অত্রি; চ—অমস্তুং; কৌশিকঃ—কৌশিক; অথ—অদুগা; সুদর্শনঃ—সুদর্শন।

## মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

পর্ব্বত মুনি, নারদ মুনি, ধৌম্যাচার্য্য, ভগবান্ ব্যাসদেব, বৃহদশ্ব, ভরদ্বাজ, রেণুকাসুত (পরশুরাম), বশিষ্ঠ মুনি, ইন্দ্রপ্রমদ, ত্রিত, গৃৎসমদ, অসিত, কাক্ষীবান্, গৌতম, অত্রি, কৌশিক, সুদর্শন অদুগা মখোয়গী শিষ্যশিং পুম্নমক মফমদুদা তিনখি।

## মৈনরোল

'পর্ব্বত মুনি' খ্বাইদগী অহল ওইবা ঋষিনি। মহাক নারদ মুনিগা তম্ভনা লোয়নবা মুনি অমনি। মখোয়সি প্রাকৃত যন্ত্রগী মতেঙ য়াওদ্রবদু শূন্যদা চৎপা ঙম্বা আকাশ-চারীনি। পর্ব্বত মুনিসি নারদ মুনিগুম্বা দেবর্ষি অমনি (হায়বদি দেব মরক্তা য়াওবা ঋষি অমনি)। মহাক নারদ মুনিগা লোয়ননা মহারাজ পরীক্ষিৎকী মচামুপা জন্মেজয় মহারাজগী যজ্ঞদা য়াওরম্মী। যজ্ঞসিদা পৃথিবী পুম্বগী লিলমখৈ হাৎনবা থৌরাংখি। পর্ব্বত মুনিগা নারদ মুনিগা অনীবু গান্ধর্ব হায়নদু কৌনৈ, মরমদি মখোয় ভগবান্গী লীলা কীর্ত্তন তৌদুনা নোংথক্তা কোয়বা ঙম্মী। মখোয়না নোংদোন অতিয়াদা কোয়না চৎপা ঙম্বা মরম্না মখোয়না অতিয়াদা লৈরগা দ্রৌপদী-স্বয়ম্বর (মপুরোইবা ওইনীঙবা মী খনবা) য়েংখি। স্বর্গগী নিংথৌ ইন্দ্রগী রাজসভাদা পর্ব্বত মুনি হেক হেক চৎলি। গন্ধর্ব অমা ওইনা করিগুম্বা মতমদা মহাক শীঙথানবা য়াবা দেবতা অমা ওইরিবা কুবেরগী রাজসভাদসু হেক হেক চৎলী। পর্ব্বত মুনিগা নারদ মুনিগা অনীমক সৃঞ্জয় মহারাজগী মচানুপীগী হাকতক্তা দশা তারম্মী। মহারাজ সৃঞ্জয়না মচানুপা অমা ফংজগে হায়না পর্ব্বত মুনিগী মফমদগী আশীর্ব্বাদ নিজখি।

'নারদমুনিদি' পুরাণশিংগী রারীগা মরী লৈনরম্মী। ভাগবতম্দা মহাক্কী বা য়াওরি। মাগী হৌগ্রবা পুন্সিদা মহাক মীনাইনুবী অমগী মচানুপা ওইরম্মী, অদুবু শুদ্ধভক্তশিংগা সঙ্গ তৌরুবদগী মহাক ভক্তিসেবাগী মরমদা জ্ঞান ফংজখি; অদুগা মতুংগী পুন্সিদা মহাক সিদ্ধপুরুষ ওইখি; মহাক্কা চাঙদম্নবাই অমা লৈরমদে। মহাভারতকী মফম অয়াম্বদা মাগী মিং পল্লি। মহাক দেবর্ষি মকোল্লি। মহাক ব্রহ্মাগী মচানুপা অমসুং শিষ্যনি। ব্রহ্মাগী শিষ্য পরম্পরাদু নারদ মুনিদগী শমথরকপনি। মহাক্কা প্রহ্লাদ মহারাজ, ধ্রুব মহারাজ অমসুং ভগবান্গী মিং চৎলবা ভক্ত অয়াম্ববু দীক্ষা পীখি। বৈদিক সাহিত্যশিং লেংলম্বা ব্যাসদেব ফাওবা মহাক্কা দীক্ষা পীখি। অদুগা ব্যাসদেবদগী মধ্বাচার্য্যনা দীক্ষা লৌখি; মতৌ অসুম্না গৌড়ীয় সম্প্রদায় য়াওবা মধ্ব-সম্প্রদায়না জগৎপুম্বা শন্দোরক্লি। শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভু মধ্ব-সম্প্রদায়সিদা য়াওবনি; মরমসিনা ব্রহ্মাজি, নারদ, ব্যাসদগী মধ্ব-ফাওবা খীদরক্লগা চৈতন্য অমসুং গোস্বামীশিং পুম্নমক শিষ্য-পরম্পরা অমতদা য়াওরম্মী। নারদজিনা নাওশিংবদা থোক্লবা মতমদগী নিংথৌ ক্ষত্রিয়দা পাওতাক পীরিক্লি। ভাগবতমদা ঐখোয়না থেংনৈ মদুদি—নারদ মুনিনা প্রহ্লাদ মহারাজদা মমা-গী কুক্ষিদা লৈরিঙৈদা পাওতাক পীখি; মহাক্কা কৃষ্ণগী পম্বৌ বসুদেবদসু অদুগা মহারাজ যুধিষ্ঠিরদসু পাওতাক পীখি।

'ধৌম্য'—উৎকোচক তীর্থদা অকনবা তপ তৌখিবা অদুগা পাণ্ডব নিংথৌশিংগী রাজ-পুরোহিত ওইখিবা মহর্ষি অমনি। দ্রৌপদী কন্যাদানগী মতমদা পাণ্ডব খুদিংমকপু মহাক্কা লেপ্লম্মী। পাণ্ডবশিংনা বন-বাস তৌবা মতম ফাওবা মহাক য়াওরম্মী। পাণ্ডবশিংনা খংজ লাম্বা ঙমক্লবা মতাঙ মতাঙদা মহাক্কা পাওতাক পীরম্মী। চহী অমা পাণ্ডবশিংবা চহী অমা লোৎপা (অজ্ঞাতবাস তৌবা) মতমদা করম্না লোৎকদগে হায়বদু মহাক্কা পাণ্ডবশিংদা তাকপিখি। অদুগা পাণ্ডবশিংনসু মাগী

পাণ্ডবাকশিংহু চপচানা ইনখি। কুরুক্ষেত্রগী লাল লোইরগা শিখিবা ময়ামগী অন্ত্যেষ্টি ক্রিয়াগী মতমদা ধৌম্যাচার্য্যগী মিং পন্বা থেংনৈ। মহাভারতকী অনুশাসন পর্ব্বদা (১২৭ | ১৫-১৬) মহাক্না মহারাজ যুধিষ্ঠিরদা ধর্ম্মতত্বগী মরমদা পাণ্ডবাক পীখি। মহাক গৃহস্থ অমগী ওইগদবা চপচাবা পুরীৎ তশেংবনি, মরমদি মহাক্না পাণ্ডবশিংবু ধর্ম্মগী লম্বীদা লুচিংবা ঙমখি। আশ্রমধর্ম্মগী (শিল্লমগী) চংফম থোকপা লম্বীদা লুচিংবিহুনা চিংখৎপীনবগীদমক লৈগদবনি পুরীৎ হায়বসিদি। ইমুং অমগী পুরীৎকা পরমার্থগীদমক ওইবা গুরুগা করিহু খেন্নদে। মুনি-ঋষি-ব্রাহ্মণশিংসে অসিগুম্বা থবক খিবিরীদমক থোইদোক্না লৈরিবনি।

'বাদরায়ণঃ' (ব্যাসদেব)— মহাকসি কৃষ্ণ, কৃষ্ণদ্বৈপায়ন, দ্বৈপায়ন, সত্যবতীসুত, পারাশর্য্য, পরাশরাত্মজা, বাদরায়ণ, বেদব্যাস-অসিনচিংবা হায়না খঙনৈ। মবুধৌ ভীষ্মবু পোকপা শান্তনু মহারাজদা সত্যবতীবু কন্যাদান তৌত্রিঙৈদা সত্যবতীগী গর্ভদা পরাশরগী মচানুপা ওইনা পোকপনি মহাকসে। মহাক নারায়ণগী শক্তি-লৈবা অবতার অমনি। মহাক্না বৈদিক জ্ঞান অসি জগৎতা শন্দোকখি। মরম অসিনা বৈদিক সাহিত্য থোইদোক্না পুরাণশিং থীরমদাইদা ব্যাসদেবদা খুরুম্নে। শুকদেব গোস্বামী মহাকী মচানি, অদুগা বৈশম্পায়নগুম্বা ঋষি কয়ানা বেদশিংগী তোঙান-তোঙানবা শাখাশিংগী লৈখিবা শিষ্য ময়াম্নি। মহাক মহাকাব্য মহাভারতকী অদুগা প্রাকৃত-নত্তবা গ্রন্থ ভাগবতমগী গ্রন্থকার-নি। ব্রহ্মসূত্র—বেদান্তসূত্র নত্রগা বাদরায়ণ সূত্র হায়না খঙনবা লাইরীক অদুসু মহাক্না খোমজনবনি। অকনবা তপ তৌবগী মরম্না ঋষিলক্তা মহাক খ্বাইদগী হেন্না সম্মান তৌনরবা গ্রন্থকর্ত্তানি। কলি যুগসিদা ময়াম পুম্নমকী য়াইফনবগীদমক মহাক্না মহাভারত হায়বা মহাকাব্যসি খোমজল্লিংবা মতমদা মাগী চীন্না হায়রগা লীখবা য়ারীহু ইথনবা শক্তিচেনবা মী অমা পাল্লম্মী। অদুদা, ব্রহ্মাজিগী য়াথং মতুঙ ইন্না শ্রীগণেশনা ইবগী থবক্তু তৌগে হায়না য়ারম্মী, অদুবু গণেশনা বা অমা হায়রম্মী মদুদি—ব্যাসদেবনা চীন্না য়ারী লীখবহু মীৎকুপ অমকাওবা লেপ্পদি য়াদে। মতৌ অসুম্না ব্যাসগা গণেশগা অনী তিন্নহুনা তৌমিন্নবনা মহাভারত লেংখিবনি।

ব্যাসদেবগী মমা সত্যবতীহু কোন্থংদা মহারাজ শান্তনুনা লুহোঙহুনা লৌখি। সত্যবতীগী য়াথং মতুঙ ইন্না অদুগা শান্তনুগী মুপী অহন গঙ্গানা পোকপা ভীষ্মনগা হায়জরম্বনা ব্যাসদেবনা ধৃতরাষ্ট্র, পাণ্ডু অমসুং বিদুর কৌবা মতীকমগুণ লৈবা মচানুপা অহুমথক পোকখি। কুরুক্ষেত্রগী লাল লোইরবা মতুঙদা অদুগা মহাভারতকী বীর পুম্নমক্না শিরবা মতুঙদা মহাভারত লেংখিবনি। মহারাজ পরীক্ষিৎকী মচাবুঙো মহারাজ জন্মেজয়গী রাজসভা-য়ায়দা ইহান-হানবা ওইনা মহাভারত লীখিবনি।

'বৃহদশ্ব'— থায়নগী লিরবা ঋষিনি; মহাক মরক মরক্তা মহারজ যুধিষ্ঠিরগা উনরৈ। ইহান হানবা মহারাজ যুধিষ্ঠিরগা মাগা উনবসি কাম্যবন মনুঙদনি। মুনিসিনা মহারাজ নলগী য়ারী লীখি। অতোপ্পা বৃহদশ্ব অমসু লৈ, মহাক্তি ইক্ষাকু শাগৈদা পোকপনি (মহাভারত বনপর্ব্ব ২০৯ | ৪-৫)।

'ভরদ্বাজ'— মহাক মহর্ষি তরেংকী মনুঙ-চনবা অমনি; মহাক অর্জ্জুন জন্মোৎসবকী মতমদা য়াওরৈ। মতীক-ময়াই-কল্লবা ঋষিসি মরক মরক্তা অকনবা তপস্যা গঙ্গা-তোর্বান্দা তৌখি। মাগী আশ্রম প্রয়াগধামদা লৈবহু হৌজিককাওবা মমিং চৎলি। অসুম্না হায়নৈ, নোংমা ঋষিসিনা গঙ্গাদা স্নান তৌরিঙৈদা স্বর্গগী অপ্সরা শকহেনবী ঘৃতচিবু উথিবদা বীর্য্য চেম্বরকখি; বীর্য্যহু লৈপাকী চফু অমদা হাপ্পগা থম্মখি; মফমদগী দ্রোণ পোকখি। অদুনা দ্রোণাচার্য্যহু ভরদ্বাজ মুনিগী মচানুপানি। দ্রোণ-পোকপা ভরদ্বাজদি মহর্ষি ভরদ্বাজ নত্তবা অতোপ্পা অমনি হায়বহু য়াওয়ি। মহর্ষি ভরদ্বাজসি

ব্রহ্মাগী ভক্ত অথোইবা অমনি। নোংমা মহাক্না দ্রোণাচার্য্যগী মকমদা লেঙলক্লগা কুরুক্ষেত্রগী লাল তৌহন্‌গনি হায়খি।

'পরশুরাম' নত্রগা 'রেণুকাসুত'—মহাক মহর্ষি জমদগ্নি অমসুং শ্রীমতী রেণুকা অনীনা পোকপা মচানি। মরমসিনা মহাক 'রেণুকাসুত' (রেণুকাগী মচানুপা) হায়নসু খঙনৈ। মহাক ভগবান্‌গী শক্তিমান্ অবতার অমনি অদুগা ক্ষত্রিয়-শাগৈশু পুল্লপ পুল্লপ কুন-মাথোইরক হল্লা হাৎখি। ক্ষত্রিয়-শিংগী ঈদুনা মগাক্না মপামপুশিংবু তর্পণ তৌখি। মতুঙদা মহাক মহেন্দ্র পর্ব্বততা অকন্‌বা তপস্যা তৌখি। ক্ষত্রিয়শিংদগী পৃথিবী পুম্বা লৌরগা মহাক্না কশ্যপ মুনিদা পীখি। দ্রোণাচার্য্য ব্রাহ্মণ ওইরম্বনিনা পরশুরামনা মঙোন্দা ধনুর্বেদ লান্দা লীকং তেন শীজরবগী বিদ্যা) তাকপিখি। মহাক মহারাজ যুধিষ্ঠিরগী রাজ্য-অভিষেক তৌবা মতমদা য়াওরখি অদুগা ঋষি অতৈশিংগা লোয়ননা অনুষ্ঠান্দু পাঙথোকখি।

পরশুরামদু বয়ামুক অহল ওইরম্লগে হায়ববু রাম অমসুং কৃষ্ণগা তোঙান তোঙান্‌বা মতমদা উনখি। মহাক রামগা লানথেংনখি, অদুগা কৃষ্ণবুদি পরমেশ্বর ভগবাগ্নি হায়না য়াখি। মহাক্না কৃষ্ণগা লোয়ননা অর্জুনবু উবা মতমদা অর্জুনবু থাগৎখি। অম্বানা ভীষ্মবু মপুরোইবা ওইবিয়ু হায়জবদা ভীষ্মনা য়াখিদে, অদুদা অম্বানা পরশুরাম উনরম্মী; মানা হায়জবা মরম্না পরশুরাম-না অম্বাবু লুহোঙনবা ভীষ্মদা হায়রম্মী; পরশুরামগী য়াথং অদু, গুরুগী য়াথং ওইরবসু, ভীষ্মনা ঙাক-খিদে। য়াথং থৌওইদবগীদমক, পরশুরাম-না ভীষ্মগা লান শাখিনা শোক্লখি। মমৈদা পরশুরাম ভীষ্মবু পেন্‌বিখি, অদুনা জগৎকী মনুঙদা খ্বাইদগী হেন্‌বা লাম্হৌবা অমা ওইজো হায়না ভীষ্মদা বর পীখি।

'বশিষ্ঠ'—ব্রাহ্মণ-লক্তা মিংচৎলবা মহর্ষি অমনি, মাবু ব্রহ্মর্ষি বশিষ্ঠদেব হায়না খঙনৈ। রামায়ণ অমসুং মহাভারতকী মতম অনীমক্তা ময়াম্না খঙনবা মতীকময়াই-লৈবা মূর্ত্তি অমনি। পরমেশ্বর ভগবান্ শ্রীরামচন্দ্রগী অভিষেক তৌবগী থবক অদু মহাক্না তৌরম্মী। মহাক কুরুক্ষেত্রগী লান্‌ফমদসু য়াওরম্মী। থক খা অনীমকী গ্রহলোক পুন্নমক্তা মহাক চৎপা ঙম্মী; মাগী মিংদি হিরণ্যকশিপুগী ইতিহাসগা মরীসু লৈনৈ। মহাকী কামধেনু কৌবা অনিঙবদবু থুংহন্‌বী শক্তোমদু বিশ্বামিত্রনা পাম্বদগী মখোয় অনী য়াম্না কন্না যুরুখি। বশিষ্ঠ মুনিনা কামধেনু পীরনদে, মরমদুনা বিশ্বামিত্রনা বশিষ্ঠগী মচানুপা চামবু হাৎখি। ব্রাহ্মণ অশেঙবা অমা ওইনা বশিষ্ঠনা বিশ্বামিত্রগী করেম্নবা রাগৈ পুম্নমক থাঙখি। মতম অমদা বিশ্বামিত্রনা শৎ=নৈবদা থাঙবা ঙমত্রবদা বশিষ্ঠদু আত্মাঘাত (মশা-মথন্তবু হাৎপা) তৌগে হোৎনখি অদুবু মানা হোৎনরম্বা পুম্বা অরেম্বদা তাখি। মানা চীঙদগী চোংথরম্মী, অদুবু মানা তারকপদা নন্‌খিবা নৃঙপাকশিংদো লশিংমফোল ওনখি, অদুম্না মথরাই ত্রিংখি। মহাক সমুদ্রদা চোংথরম্মী, অদুবু ঈথকশিংনা মাবু খোঙবান্দা পুরক্লুনা থমখি। মগাক তুরেন্দা চোংথরম্মী, অদুবু তুরেন্নসু মাবু তোর্বান্দা পুদুনা থমখি। অম্নুনা মানা আত্মাঘাত তৌনবা হোৎনবা থুদিংমক মহৈ য়ান্‌খিরমদে। মহাকসু ঋষি তরেৎকী মনুঙদা অমনি; মহাক মিংচৎলবা থবাম্নচাক অরুন্ধতী হায়বীদুগী মপুরোইবনি।

'ইন্দ্রপ্রমদ'—অকাওবা ঋষি অমনি।

'ত্রিত'—প্রজাপতি গৌতমগী মচানুপা অহুমগী অমনি। মহাক্না অহুঙবা মচানুপানি অদুগা মরাম্বা অনীগী মিংনা একৎ অমসুং দ্বিত কৌয়ি। মচিম্নাও মখোয় অহুমক মহর্ষি গুক্তনি অদুগা

ধর্ম্ম লেংপা ঙাক্তনি। অকনবা তপস্যাগী ফল ওইনা মখোয় অছম্মক ব্রহ্মলোক (ব্রহ্মাগী ধাম) অহু য়োৌখি। মতম অমদা ত্রিত মুনি কুহা অমগী মমুঙদা তাখি। মহাক যজ্ঞ কয়ামুকী থৌরাং তৌখি। ভীষ্মদেববু শরশর্য্যাদা মহাক দর্শন তৌরখি। বরুণলোক হায়বদুদা লৈবা ঋষি তরেৎকী মনুঙদা মহাক অমনি। মহাক পৃথিবীগী নোংচুপথংবা লমদমদগী লাকপনি। মরমসিনা মহাক ইউরোপকী লমদমশিংগী মী ওইরম্বা তাই। মতমদুদা পৃথিবী অপুম্বদা বৈদিক সংস্কৃতি ঙমখক চৎলম্মী।

'গৃৎসমদ'—স্বর্গরাজগী ঋষি অমনি। মহাক স্বর্গগী নিংথৌ ইন্দ্রগী চান্নবা মরুপ অমনি অদুগা বৃহস্পতিগা চাউবা মান্নরম্মী। মহাক মহারাজ যুধিষ্ঠিরগী রাজসভাদা হেক হেক লাকখিরম্মী অদুগা ভীষ্মদেবনা নোংগারমদাইদসু মহাক লাকখি। করিগুম্বা মতমদা মহারাজ যুধিষ্ঠিরগী মমাঙদা ভগবান শিবগী মহিমা বর্ণন তৌখি। মহাক বিতহব্যনা পোকপনি অদুগা ইন্দ্রগসু শকমান্নরম্মী। মতম অমদা মহাকপু ইন্দ্রগী য়েক্লবশিংনা ইন্দ্রনি হায়না থন্দুনা মাবু ফারম্মী। মহাক ঋগ্বেদ হৈবা অচৌবা পণ্ডিত অমনি, মরমদুনা মহাকপু ব্রাহ্মণশিংনা য়াম্না সম্মান তৌখি। মহাক মুপী থিরমদে অদুগা মহাতেজ লৈবা অমা ওইরম্মী।

'অসিত'—অসিত কৌবা নিংথৌ অমা লৈ, অদুবু মফমসিদা য়াওরিবা অসিত-সিদি মতমদুগী মতীক মগুণ চাওবা ঋষি অসিত দেবল হায়বদুনি। মহাকী পম্বৌদা মহাভারতকী শ্লোক ১,৫০০,০০০ থক ব্যাখ্যা তৌখি। মহারাজ জন্মেজয়গী লিল-হাৎপা যজ্ঞদসু মহাক য়াওরম্মী। মহারাজ যুধিষ্ঠিরগী অভিষেক-তসু অতে ঋষিশিংগা লোয়ননা অসিত য়াওরম্মী। মহারাজ যুধিষ্ঠিরনা ঙঞ্জন গিরিদা লৈবা মতমদা অসিত-না পাওতাক পীরম্মী। মহাক শিব-ভক্ত অমনি।

'কাক্ষীবান্'—গৌতম মুনিগী মচানুপা অমনি; অদুগা মহাক চন্দকৌশিক কৌবা মহর্ষিদুবু পোকপনি। মহাক মহারাজ যুধিষ্ঠিরগী রাজসভাগী সভা অমনি।

'অত্রি'—অত্রি মুনিদি ব্রহ্মর্ষি অচৌবা অমনি অদুগা ব্রহ্মাগী মানস-পুত্র অমনি। ব্রহ্মাগী শক্তি কয়ামুক লৈবগে হায়ববু মচানুপা অমা ফংগে হায়দুনা হেক থনবদদা মচা অমা হেক্তা ফংলিবনি। অসিগুম্বা মচাশিংদো 'মানসপুত্র' হায়না খঙনৈ। অত্রি ব্রহ্মাগী মানস-পুত্র তরেৎকী মনুংদা অমনি অদুগা ব্রহ্মর্ষি (ব্রাহ্মণ-ঋষি) অচৌবা তরেৎকী মনুংদসু অমনি। মহাকী ইমুঙদা অচৌবা প্রচেতাশিং পোকখিবনি। অত্রিমুনিগী মচানুপা ক্ষত্রিয় অনীথক লৈরম্মী, মখোয়নী নিংথৌ ওইখি। রাজা অর্যমা হায়বদু অনীদুগী মরক্তা অমনি। মহাক প্রজাপতি কুমাথোইগী মমুঙদা অমনি। মহাকী তালোইগী মিংনা অনসূয়া কৌই। অত্রি মুনি মহারাজ পরীক্ষিৎকী যজ্ঞশিংদা মতেঙ পাংখি।

'কৌশিক'—মহারাজ যুধিষ্ঠিরগী রাজসভাদা য়াওবা স্থায়ী ঋষি-সদস্যশিংগী মমুঙদা অমনি। মহাক করি করিগুম্বা মতমদা শ্রীকৃষ্ণগী দর্শন ফংজে। মাগা মিং মান্নবা ঋষি কয়ামুকসু লৈ।

'সুদর্শন'—চক্র অসি পরমেশ্বর ভগবান্না (বিষ্ণু নত্রগা কৃষ্ণনা) লন্নাই খুৎলাই ওইনা লৌরবা অদুগা ব্রহ্মাস্ত্র-নচিংবা শাখিরবা খুৎলাই পুন্নমক্তগী হেন্নবা শক্তি লৈবা খুৎলাইনি। বেদগী লাইরিক থরদা য়াওবদি অগ্নিদেবনা (মৈ কৌবা লাইনা) ভগবান্ কৃষ্ণদা খুৎলাইসি পীখি হায়না য়াওরি অদুবু থাজৈশেংবদি ভগবান্না অনাদিকালদগী পায়রম্মা লৈরকপা খুৎলাইনি। মহারাজ রুক্ম-না ভগবান্দা রুক্মিণী পীবগুম অগ্নিদেবনা খুৎলাইসি কৃষ্ণদা পীখিবনি। অসিগুম্বা খুদোলপোৎ ওইবা পোৎশিংসে ভগবান্গী মতম পুন্নমকী মপোৎ (নিত্য সম্পত্তি) ওইরবসু মহাকী ভক্তশিংদগী লৌই।

মহাভারতকী আদিপর্ব্বদা খুংলাইসিগী অকুপ্পা মরোল ইরি। ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনা মাগী য়েক্লবা শিশুপাল হাৎপদা খুংলাইসি শীজন্নখি। মহাক্না খুংলাইসিনা শাম্ব-বুস্থ হাংখি অতুগা করি করিগুম্বদা মহাকী মরূপ অর্জ্জুনদা মাগী য়েক্লবা হাংনবগীদমক খুংলাইসি শীজন্নৌ হায়রখি। (মহাভারত, বিরাট-পর্ব্ব ৫৬।৩)।

শ্লোক ৮

**অন্যে চ মুনয়ো ব্রহ্মন্ ব্রহ্মরাতাদয়োঽমলাঃ।**
**শিষ্যৈরুপেতা আজগ্মুঃ কশ্যপাঙ্গিরসাদয়ঃ ॥ ৮ ॥**

শব্দার্থ

অন্যে—অতোপ্পশিং; চ—অমসুং; মুনয়ঃ—মুনিশিংনা; ব্রহ্মন্—হে ব্রাহ্মণ; ব্রহ্মরাত—শুকদেব গোস্বামী; অদয়ঃ—অমসুং মাগুম্বা অতৈ; অমলাঃ—পূকচেল-মক্তবা, শিষ্যৈঃ—শিষ্যশিংগা; উপেতা—লোয়নবা; আজগ্মুঃ—লাক্লমী; কশ্যপ—কশ্যপ; আঙ্গিরস—বৃহস্পতি; আদয়ঃ—অসিনচিংবা অতৈসু।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে ব্রাহ্মণ, মখোয়সি নত্তনা শুকদেব-নচিংবা পূকচেল-মক্তবা পরমহংসশিং অমসুং কশ্যপ-বৃহস্পতি-নচিংবা মুনিশিংনা শিষ্যশিংগা লোয়ননা মফমত্তুদা লাকখি।

নৈনরোল

'শুকদেব গোস্বামী (ব্রহ্মরাত)'—ব্যাসদেবগী খ্বাইনা থঙনরবা মচান্নুপা অমসুং শিষ্যনি। মঙোন্দা ব্যাসদেবনা অহানবদা মহাভারত তম্বিখি অতুদগী শ্রীমদ্ভাগবতম্ তম্বিখি। শুকদেব গোস্বামীনা মহাভারতকী শ্লোক ১,৪০০,০০০ চু গন্ধর্বশিংগী, যক্ষশিংগী অমসুং রাক্ষসশিংগী সভাদা থীত্নুনা তাহনখি, অতুগা মহারাজ পরীক্ষিৎকী মমাঙদা ইহান হানবা ওইনা শ্রীমদ্ভাগবতম্ থীখি। মহাকী মতীক চাবা মপাবুংঙোদগী বৈদিক সাহিত্য পুম্বা মপুঙফানা তমখি। মরমসিনা মহাকী ধর্ম্মতত্ত্বগী জ্ঞান পাকশন্না লৈরম্বা মরম্না মহাক মপুঙ ফানা শুদ্ধ ওইরবা আত্মা হায়বতু ওইরম্মী। মহাক মহারাজ যুধিষ্ঠিরগী রাজ সভাদা য়াওরম্মী অতুগা মহারাজ পরীক্ষিৎনা চারা হেন্দুনা লৈবা মতমদসু ময়াম তিনবদা য়াওরম্মী হায়বসি মহাভারতকী সভাপর্ব্বদগী থঙবা ঙম্মী (৪।১১)। শ্রীব্যাসদেবগী অশেঙবা শিষ্য অমা ওইনা ধর্ম্মতত্ত্ব অমসুং পরমার্থগী মরমদা পুমণু-শুনা মপাবুংঙোদা হংজনখি অতুগা শক্তি লৈবা মপাবুংঙোনসু বিষয় ময়াম তম্বীত্নুনা পেলহনখি; মহাক্না তাকপিখিবা বিষয়শিংদি অসিনি—আধ্যাত্মিক রাজ্যদা য়োনবা যোগশাস্ত্র, কর্ম্মযোগগা জ্ঞানযোগগা থেন্নবা, আত্মা উপলব্ধি যংনবগী উপায়, আশ্রম মরিগী রা (ব্রহ্মচর্য্য, গার্হস্থ্য, বানপ্রস্থ অমসুং যতি নত্রগা সন্ন্যাস), পরমেশ্বর ভগবানগী তত্ত্ব, মহাকপু শংশংনা উবা ফংবগী রা, জ্ঞান ফংবগী অশেঙবা অধিকারী, পঞ্চভূতকী রা, বুদ্ধিগী তত্ত্ব, প্রকৃতি অমসুং জীবগী তত্ত্ব, আত্মা-উপলব্ধি তৌরবা মীগী মতৌ মরাং (লক্ষণ), দেহ তত্ত্ব, প্রাকৃত গুণ অহুমগী লক্ষণ, বাসনা (অপাম্বা) পাম্বীগী রা, অতুগা পুক্নীংগী ইরাঙ ময়ামগী রা। মতম অমদা মহাক মপাবুংগী অমসুং নারদ মুনিগী য়াথং মতুং ইন্না সূর্য্যালোক দা চংলুই। মহাক্না অতিয়া লমদমদা কোয়রকবগী রাহু মহাভারতকী শান্তি পর্ব্বদা য়াওরি (৩৩২)। মমৈদা মহাক দিব্যধাম য়ৌখি। মহাক অরণেয়, অরুনিসুত, বৈয়াসকি অমসুং ব্যাসাত্মজ হায়নসু খঙনৈ।

'কশ্যপ'—প্রজাপতিশিংগী মরক্তা অমনি, মরীচিগী মচানুপানি অদুগা প্রজাপতি দক্ষগী মচানুপী লোবা মন্নাক অমনি। মহাক উচেক অচৌবা গরুড়বু পোকপনি; গরুড়গী চীঙাক্তি শামু থেঙ্গু-নচিংবা পীজরম্মী। মহাক্না প্রজাপতি দক্ষগী মচানুপী তরাহুমদোইবু লুহোঙহুনা লৌখি। মুপীশিংদুগী মমিংদি—অদিতি, দিতি, দনু, কাষ্ঠা, অরিষ্টা, সুরসা, ইলা, মুনি, ক্রোধবশা, তাম্রা, সুরভি, সরমা, অমসুং তিমি। মুপীময়ামসিদা মচা য়াম্না পোকখি, মচাশিংদুগী মরক্তা লাই কয়া হিংচাবা কয়া য়াওখি। মুপী খ্বাইগী অহল অদিতিনা আদিত্য তরানিথোই পোকখি, মখোয়গী মনুঙদা অমদি ভগবান্‌গী অবতার বামন হায়বদুনি। মহর্ষি কশ্যপসি অর্জুন পোকপা মতমদা য়াওখিরম্মী। মহাক্না পরশুরামদগী পৃথিবী পুম্বসি দান ওইনা ফংখি. কোদ্ধংদা মহাক্না পরশুরামবু পৃথিবীদগী চৎত্রো হায়রম্মী। মহাক্কী মিং অতোপ্পা অমনা অরিষ্টনেমি কৌই। মহাক বিশ্বব্রহ্মাণ্ডগী অবাংথবা শরক্তা লৈ। 1

'আঙ্গিরস'—মহর্ষি অঙ্গিরাগী মচানুপানি অদুগা লাইয়ামগী পুরোহিত বৃহস্পতি হায়রনা খঙনৈ। দ্রোণাচার্য্যসি মহাক্কী অংশ অবতারনি হায়নৈ। শুক্রাচার্য্য হিংচাবশিংগী গুরুনি অদুগা বৃহস্পতিনা মহাক্না শীঙনরম্মী। বৃহস্পতিগী মচানুপাদি কচ কৌই, মহাক্না ভরদ্বাজ মুনিদা ইহান হান্না আগ্নেয়-অস্ত্র (মৈগী খুৎলাই) পীখি। খ্বাইনা খঙনবা থবাম্মচাক চন্দ্রমাসী কৌবী মাগী মুপীদুনা (অগ্নিদেবতাগুম্বা) মচানুপা তক্লক পোকই। মহাক অতিয়াদা কোয়না চৎপা গুম্মী, মরমদুনা মহাক ব্রহ্মলোক অমদি ইন্দ্রলোকশিংদা য়োকই। মহাক্না স্বর্গরাজ ইন্দ্রদা হিংচাবশিংবু জয় তৌনবগী মরমদা পাওতাক পীখি। মতম অমদা মহাক্না ইন্দ্রবু শাপ তৌখি, মরমদুনা ইন্দ্র ৬ক মচা অমা ওন্দুনা মর্ত্যদা লৈখি অদুগা স্বর্গদা হন্নীংখিদে। অসিনিদো মায়া-লাংনা কল্লিবদি। ওক অমনকাওবা মায়িক সম্পত্তি থাদোক্লগা স্বর্গ-রাজ্য লো হায়বা য়াত্রিবসে। লোক মথল কয়াদা লৈরিবা জীবশিংগী মহাক ধর্ম্মগুরুনি। ✓

শ্লোক ৯

**তাম্ সমেতান্ মহাভাগানুপলভ্য বসুত্তমঃ।**
**পূজয়ামাস ধর্ম্মজ্ঞো দেশকালবিভাগবিৎ ॥ ৯ ॥**

শব্দার্থ

তান্—মখোয়বু; সমেতান্—তিল্লরবা; মহাভাগান্—লাইবক ফবা ধর্ম্মিকশিংবু; উপলভ্য—ফংলদুনা; বসুত্তমঃ—বসুশিংগী মরক্তা অথোইবা (ভীষ্মদেব); পূজয়ামাস—পূজা তৌখি; ধর্ম্মজ্ঞঃ—ধর্ম্ম খঙবা; দেশ —মফম; কাল —মতম; বিভাগবিৎ—(দেশ-কালগী মতুঙ ইন্না) থবক হৌবগী মরম খঙবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

বসু-লক্তা অথোইবা ওইরিবা, ধর্ম্ম-খঙবা অদুগা মফম মতম য়েংদুনা তৌগদবা থবক্কী মশক খঙবা ভীষ্মদেবনা লাইবক ফবা ধাম্মিকশিংবু ফংজরদুনা (হৌগৎপা ঙমদ্রবদু ঝাহৈনা অমদি পুক্নীংনা) হৌনবী সংকার তৌখি।

নৈনরোল্

থবক হৈবা ধার্ম্মিকশিংনা মফম মতমগী তৌগদবা হৌনবী করিনো হায়বদু মপুঙকানা খঙঙী। পৃথিবী পুম্বগী মহৎ আচার্য্যশিং হায়বদি ধর্ম্ম-প্রচারকশিং অমসুং সংস্কারকশিংনা মফম মতম য়েংদুনা মখোয়গী মথৌ পাঙথোকখি। পৃথিবীগী তোঙান তোঙানবা মফমগী হাবা-পানি (ঈশীঙ-নুংশিৎ) অমসুং কীতম তোঙান-তোঙান্নি। অদুনা রুনাগুমনা ভগবান্‌গী মপাউ পাউজেরবা মথৌ পাঙথোকে হায়রবদি মহাক মফম মতমগী কীতম য়েংদুনা চৎপা তাই। ভীষ্মদেবদু ভগবদ্ভক্তি প্রচার তৌনবা লৈবা বসু

তরানিথোইগী মমুঙদা অমনি, মরমত্থনা বিশ্বব্রহ্মাণ্ডগী মকম মকমদগী লাক্লুনা মহাক্কী শিয়মদাইদা তিন্নরিবা শক্তি চেনবা ঋষিশিংত্থবু মহাক্না তরাম তরাম ওকখি। তশেংবদি মহাক হীমম্বদগী হৌগৎত্থুনা ময়াম অত্থবু ওক্লম্বা ঙমখিদে, মরমদি মহাক ময়ুমদা লৈরম্বা নত্তে অত্থগা মহাক মশা মত্ত ফীভম চারম্বসু নংলমদে। অত্থবু মাগী পুক্নীংদি ফীভম কায়দবা ওইরম্বনা থরাই য়াওনা অপুম্বা ৷াহে কোঙদোকপদি ঙম্মী, অত্থনা বাহৈনা মখোয় ময়াম্সু তরাম তরাম ওকখি। মী থুদিংমক হকচাঙ পুক্নীং অমদি বাহৈনা মথৌ পাঙথোকপা ঙম্মী। পুক্নীং হকচাঙ বাহৈবু মকম চাবা য়েংত্থনা করম্না শীজন্নগদগে হায়বা মহাক খঙঙী, মরমত্থনা মহাক মশাত্থনা য়ারমত্রবসু মখোয় ময়ামত্থবু তরান্না ওকপদা করিমতা বাইচিল্লমদে।

শ্লোক ১০

**কৃষ্ণং চ তৎপ্রভাবজ্ঞ আসীনং জগদীশ্বরম্।**
**হৃদিস্থং পূজয়ামাস মায়য়োপাত্তবিগ্রহম্॥ ১০॥**

শব্দার্থ

কৃষ্ণম্—শ্রীকৃষ্ণবু; চ—অমসুং; তৎপ্রভাবজ্ঞঃ—মহাক্কী মতীক খঙবনা (ভীষ্মনা); আসীনম্—ফম্লম্বা; জগদীশ্বরম্—জগৎকী মবুংঙো; হৃদিস্থম্—থম্মোই-লকামুংদা লৈরিবত্থবু; পূজয়ামাস—পূজা তৌখি; মায়য়া—স্বরূপ শক্তিনা; উপাত্ত—বুমথরক্লম্বা; বিগ্রহম্—মূর্তি, হকচাং; (উপাত্তবিগ্রহম—অবতার তৌবিবম্বা প্রাকৃত নত্তবা হকচাঙগী মপুবু)।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কৃষ্ণগী মহিমাবু খঙবা ভীষ্মদেবনা, হৃদিমুংদা অন্তর্য্যামী ওইনা লৈত্থনসু স্বরূপ শক্তিগী ময়াইনা প্রাকৃত-নত্তবা হকচাঙ লৌরগা নাক্তা লাক্লম্বা অত্থগা মাঙদা ফম্লম্বা জগৎকী মবুংঙো শ্রীকৃষ্ণবু পূজা তৌরম্মী।

নৈনরোল

মফম খুদিংদা মতম অমতদা প্রকট ওইবা (শকউৎপা) অত্থনা ভগবান্সে সর্ব্বশক্তিমান্ন (শক্তি পুম্নমক্কী মপুনি) হায়বত্থ উৎলী। মহাক মতম পুম্নমক্তা মহাক্কী নিত্যধাম গোলোক বৃন্দাবন অত্থদা লৈ, অত্থম ওইনমক মহাক মীপুম খুদিংগী হৃদিমুংদা ৷অত্থগা উবা-ফংদনা কুপ্পবা অণু-পরমাণুগী মনুঙদা কাওবা লৈ। মহাক্না মহাক্কী নিত্য চিন্ময় দেহত্থ প্রাকৃত জগত্তা প্রকট ওইবা মতমদা মাগী স্বরূপ শক্তি শীজন্নরগা ওইবনি। বহিরঙ্গা শক্তিগা মহাক্কী সচ্চিন্ময় দেহগা মরী লৈনদে। তত্বপুম্নমক অসি ভীষ্ম-দেবনা খঙলম্মী অত্থনা মহাক্না হৌনবী মতুঙ ইন্না কৃষ্ণবু পূজা তৌখি।

শ্লোক ১১

**পাণ্ডুপুত্রানুপাসীনান্প্রশ্রয়প্রেমসঙ্গতান্।**
**অভ্যাচষ্টানুরাগাশ্রৈরন্ধীভূতেন চক্ষুসা॥ ১১॥**

শব্দার্থ

পাণ্ডু—যুধিষ্ঠির মহারাজখোয়গী মপাবুং; পুত্রান্—মচাশিংবু; (পাণ্ডুপুত্রান্—পাণ্ডুগী মচামুপাশিংবু হায়বদি পাণ্ডবশিংবু); উপাসীনান্—নাক্তা ফম্লম্বা; প্রশ্রয়—নোঙ্গুকপা (বিনয়); প্রেম—লুংশিবা; সঙ্গতান্—তিন্নবা; (প্রশ্রয়প্রেমসঙ্গতান্—নোঙ্গুকপগা লুংশিবগনা তিন্নবা); অভ্যাচষ্ট—য়া ঙাঙলম্মী; অনুরাগ-অশ্রৈঃ—লুংশিবগী পিরাংনা; অন্ধীভূতেন—তাঙহন্নবা; চক্ষুসা—মীৎভাদা।

## মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নোঙ্গুরক্লা অমসুং মুংশিনা মাঙদা কল্লম্বা পাণ্ডুগী মচানুপাশিংদা ভীষ্মদেবনা মীতি মুংশি-পিরাংনা থুম্হৎখিবদগী উরমজ্রবা মতৌদা বা ঙাঙলকখি।

## নৈনরোল

মহারাজ পাণ্ডুনা থুপজ্রবা মতমদা মচানুপাশিংহু পীরক্লা পীরক্লা লৈহৌরি; অহুনা মখোয়বু য়োকপদি বাজবংশগী অহল-লমনশিংনা, খোইদোক হেন্দোক্লা, ভীষ্মদেবনা মুংশিনা য়োকপা তাখি। মতুঙদা পাণ্ডবশিংনা চাউরক্লবা মতমদা লৌনম-চাউবা দুর্য্যোধন অমসুং কাণ্ডবুনা মখোয়বু লৌনম্বিখী। পাণ্ডবশিংহু লাঙ্গদে অহুম্বা করিসু কান্নবা লৈতনা মখোয়দা অবাবা পীরম্মী হায়বসি খঙন-খঙনা ভীষ্মদেবনা পাণ্ডবশিংগী মীচঙদা রাজনীতিগী মরমদগী য়াওবা ঙমখিদে। পুন্সিগী অরোয়বা মতাঙদা যুধিষ্ঠিরনচিংবা মতীকচারবা মশুশিংবু মনাক্তা তুমিন্-তুমিন্না কল্লম্বহু উবদা মবুধো ভীষ্ম লাম্বোবা অহুনা মমীত্তগী মথন্তা চেম্বরকপা মুংশি পিরাংহু থিংবা ঙমখিদে। মহাক মহাক্কী ধর্ম্ম-চেন্বা মশুশিংনা ফংখিবা অবাবা খিবিক্তো নিঙশীঙলম্মী। তশেংনমক হায়রগদি, দুর্য্যোধনগী মহুত্তা যুধিষ্ঠিরবু রাজ-সিংহাসন মথক্তা কম্হন্বা উবদা থ্বাইদগী হেন্না পেল্লম্বদি ভীষ্মনি, মরমহুনা মহাক্লা মখোয়দা মুংঙাইবা ফোঙদোক্নুনা বা ঙাঙখি।

### শ্লোক ১২

**অহো কষ্টমহোঽন্যায্যং যদ্যূয়ং ধর্ম্মনন্দনাঃ।**
**জীবিতুং নার্হথ ক্লিষ্টং বিপ্রধর্ম্মাচ্যুতাশ্রয়াঃ॥ ১২॥**

## শব্দার্থ

অহো—হাই হাই; কষ্টম্—অবাবনি; অহো—আঃ; অন্যায্যম্—চুমদবনি; যৎ—মহু; যূয়ম্—নখোয়; ধর্ম্মনন্দনাঃ—ধর্ম্মমক্লা মৃতি লৌরগা পোকপা পাণ্ডবশিং; জীবিতুম্—হিংবদা; ন—নত্তে; অর্হথ—মতীক চায়; (ন অর্হথ—মতীক চারমজ্রবনি); ক্লিষ্টম্—অবাবা (ওইখিবা); বিপ্র—ব্রাহ্মণ; ধর্ম্ম—ধর্ম্ম; অচ্যুত—ভগবান্; আশ্রয়াঃ—কন্খিবা।

## মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ভীষ্মদেবনা হায়রম্মী—আঃ, অবাবা কয়া নংখিবা, অরান্বা কয়া নখোয়দা তৌবিখিবা, মহু পুম্নমক ধর্ম্মগী মচা ওইবা নখোয়না ফংখিদো! অবা-অনঙ মরক্তুদা নখোয়না হিংবদা য়ারমজ্রবা মতৌনি। অহুবু ব্রাহ্মণশিংনা ধর্ম্মনা অমদি অচ্যুত ভগবান্না নখোয়বু ঙাক-শেন্নখিদো।

## নৈনরোল

কুরুক্ষেত্রগী লান্দা মীয়াম হাৎখিবহুগীদমক মহারাজ যুধিষ্ঠিরগী মপুক্লীং য়াম্না লাঙতক্লখি। মহু ভীষ্মদেবনা খঙলম্মী; মরমহুনা মহাক্লা অহান্বদা মহারাজ যুধিষ্ঠিরনা ফংখিবা অবাবশিংহু পনখিবনি। মহাক্লা অবাবা ফংখিবদো অন্যায়-নি, অহুগা কুরুক্ষেত্রগী লাল শোক্লখিবহুসু অন্যায়সিবু থেঙ্গায়নমবগীনি। মরমহুনা লান্দা মীয়াম হাৎখিবহুগীদমক দুংনাওকম খোক্তে। ভীষ্মদেবনা খোইদোক্লা উহন্নিঙলবদি অসিনি মহুদি—পাণ্ডবশিংবু ব্রাহ্মণশিংনা, ভগবান্না অমসুং ধর্ম্মনা মতমপুম্বদা

ঙাকশেল্লম্মী। হায়রিবা অহুমসিনা ঙাকশেল্লিবা মতমগী মথৈ নীঙবা-কায়বগী মরম করিমতা লৈফম থোক্কে। মতৌ অসুম্না ভীষ্মদেবনা যুধিষ্ঠির মহারাজদা নীঙবা-কায়বা পুকচেল্দু থাদোক্লবা মপুক্কী থৌগৎলম্মী। কনাগুম্বা মী অমনা ভগবান্না নীঙবা মতুঙ ইন্না চৎলবা, অশেঙবা ব্রাহ্মণ-বৈষ্ণবশিংনা লমজিংবিরবা অতুগা ধর্ম্মবু চেৎনা ইল্লিবা মতমগী মথৈ মপুন্সিদা অরাবা কোক্নায় লাক্কুনসু নীঙবা কায়ননবগী মরম করিমতা লৈতে। মায়কৈ অসোমদা ভীষ্মদেবনু অখঙবা মী অমা ওইরম্বনিনা মাগী রাকমতু পাণ্ডবশিংদা ভাব তাহন্নিঙলম্মী।

শ্লোক ১৩

**সংস্থিতেঽতিরথে পাণ্ডৌ পৃথা বালপ্রজা বধূঃ।**
**যুষ্মৎকৃতে বহূন্ ক্লেশান্ প্রাপ্তা তোকবতী মুহুঃ॥ ১৩॥**

শব্দার্থ

সংস্থিতে—শিরবদা; অতিরথে—বীরমকোক্না; পাণ্ডৌ—পাণ্ডুনা; পৃথা—কুন্তী; বালপ্রজা—মচা পীশক পীশক চেল্লিবী; বধূঃ—মৌ; যুষ্মৎ কৃতে—নখোয়গী মরমগীদমক; বহূন্—মশীঙয়াম্বা; ক্লেশান্—অরাবা; প্রাপ্ত—ফংখী; তোকবতী—মচা অচৌবা লৈরক্লবকাওবদা; মুহুঃ—হন্না হন্না।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

বীরমকোক পাণ্ডুনা শিপ্রবদা অঙাঙ পীশক পীশক চাজেল্লিবী মৌ কুন্তীনা নখোয়গী মরমগীদমক মচা চাউরক্লবকাওবদা অরাবা মশীঙ কয়া য়াম্না হঞ্জন্ হঞ্জন্ ফংখিবা।

নৈনরোল

কুন্তীদেবী অরাবা ফংখিবগীদমক অনীরক ভীষ্মনা শোন্দুনা মুংঙাইতবা ফোংদোকখি। ঙসানা লুপ্পা ওইদুনা মচা পীশকশিংবু নিংথৌকোন্দা য়োক্লবা হোৎনবদা কুন্তী কয়ামা রাখি। অতুগা মচাশিংনা চাওরক্লবা মতমদসু মখোয়না তৌবা থবক্কীদমক কয়ামা রাখি। মরমতুনা মাগী অরাবদি অহুম শাংথদুনা লৈরম্মী। মসিনা তাকপদি মহাক মপোক্কী রারো হায়না তম্নকপননি। মসিগুম্ববু মী খুদিংনা পুক্কী মুংনাংবা তৌদবমথৈ খাঙবা তাই।

শ্লোক ১৪

**সর্ব্বং কালকৃতং মন্যে ভবতাং চ যদপ্রিয়ম্।**
**সপালো যদ্বশে লোকো বায়োরিব ঘনাবলিঃ॥ ১৪॥**

শব্দার্থ

সর্ব্বম্—পুম্নমক; কাল-কৃতম্—মতম্না তৌবনি (হায়না); মন্যে—ঐনা খল্লী; ভবতাম্ চ—নখোয়গীসু; যৎ—মতু; অপ্রিয়ম্—পামদবা; সপাল—লৈপাকঙাবগশিংগা; যৎ-বশে—(মতম অদুগী মথা পোন্দুনা; লোকঃ—ব্রহ্মাণ্ড খুদিংদা লৈরিবা খুদিংমক; বায়োঃ—নুংশিৎনা (ঙোই); ইব—গুম্না, ঘন-আবলিঃ—নোং-পরেং।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(হে পাণ্ডবগণ!) নখোয়গী পামদবা অরাবা মরাম থোক্লিবলিবু মতম কৌবা মহাক্তুনা তৌবা ঙাক্কনি হায়না ঐনা খল্লি। লোক (ব্রহ্মাণ্ড) খুদিংমক লোকশিংদুম্ ঙাকপা পুম্নমক, নোং-পরেংবু নুংশিৎনা হুম্বগুম্না, মতম মাগী মথা পোল্লিবনি।

নৈনরোল

লোক পুম্নমক মতমগী মখা পোনবগুম্না বিশ্বব্রহ্মাণ্ডগী মথুংদা লৈবা লম পুম্নমক মতমগী মখা পোনবনি· সূর্য্যমণ্ডল য়াওনা গ্রহলোক অচৌ অচৌবা পুম্নমক মুংশিংকী শাফুগী মখা পোল্লি। অদুদি মুংশিংকী শাফুনা নোং পরেং হোইবগুম্না। মতৌ অদুগুম্না ওইদবা য়াদবা কাল হায়বদি মতম্না মুংশিং অমদি অতৈ ভূতশিংবু মাগী মখা পোলহল্লি। মরমসিনা, প্রাকৃত জগত্তা পরমেশ্বর ভগবান্‌গী প্রতিনিধি ওইবা খ্বাইবু ওম্বা কাল অসি লোইনমকপু মাগী মখা পোলহল্লি। মরমসিনা মতমগী থবক ঐখোয়গী বাথমদি লাম্বা ওমদবা অদুগীদমক যুধিষ্ঠিরনা মুংওাইতকম থোক্কে। মায়িক জগত্তা লৈরিবমখৈ কালগতিগী ফলাফল পুম্নমক মী খুদিংনা খাওবা তাই। নহালমুকী মপোক্তা পাপ তৌরকপনা হন্দকমুকী মপোক্তা মদুগী ফল চারিবনি হায়না যুধিষ্ঠিরনা খনকম থোক্কে। ধর্ম্ম চেন্‌বদা মাপা লৈত্রবা মীশু মায়িক জগৎকী লাংদা খুরিবনি। অদুম্নদি ওইরগা ধর্ম্ম চেনবা মীদি ভগবানগী মফমদা চুম্না চৎলি, মরমদি মাদি ধর্ম্মতত্ত্ব খঙনা চৎপা শুদ্ধ ব্রাহ্মণশিংনা অমদি বৈষ্ণবশিংনা হায়বা ইল্লি। ব্রাহ্মণ-বৈষ্ণব-ধর্ম্মতত্ত্ব পোৎলম অদুমসিনা তাকপদুনা পুম্নি-ফিদম ওইগদবনি। নিত্য কাল কৌবা মহাকী তাং-ওই থৌদোদা ঐখোয়না ঙাওচৎনগদবা মুংনাংগদবা নত্তে। ব্রহ্মাণ্ডগী মবুংঙো ওইরিবা ব্রহ্মা ফাওবা কাল অদুগী মখা পোল্লিবনি; মরমদুনা ধর্ম্মতত্ত্বগী মতুং ইন্না চৎলগদি কাল গতিগী খোঙলোই ওইবসিদা তাথিকম থোক্কে।

শ্লোক ১৫

**যত্র ধর্ম্মসুতো রাজা গদাপাণির্বৃকোদরঃ।**
**কৃষ্ণোঽস্ত্রী গাণ্ডিবং চাপং সুহৃৎকৃষ্ণস্ততো বিপৎ ॥ ১৫॥**

শব্দার্থ

যত্র—লৈবা মফমদা; ধর্ম্মসুতঃ—ধর্ম্মরাজগী মচানুপা; রাজা—নিংথৌ; গদাপাণিঃ—খুত্তা গদা পায়বা; বৃকোদরঃ—ভীম; কৃষ্ণঃ—অর্জ্জুন; অস্ত্রী—খুৎলাই পায়বা; গাণ্ডিবম্—গাণ্ডিব; চাপম্—লীরঙ; সুহৃৎ—মরূপ; কৃষ্ণঃ—ভগবান্ কৃষ্ণ; ততঃ—মফমদুদবু; বিপৎ—অরাবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কালগী প্রভাব অসি কয়াদা ঙকপ্রবনো? ধর্ম্মরাজগী মচানুপা যুধিষ্ঠিরনা নিংথৌ ওইরিবা, গদা পায়বা ভীমসেন অদুগা খুৎলাই পায়বা অর্জ্জুন য়াওরিবা, গাণ্ডিব কৌবা লীরঙ লৈরিবা অদুগা মরূপ শ্রীকৃষ্ণ ভগবান্‌সু য়াওরিবা—মফমদুদবু অরাবা হায়বদি খুদোংথিবা নংলিবসিবু কয়া ঙকঙাইনো।

নৈনরোল

প্রাকৃত ওইবা অমদি প্রাকৃত-নত্তবা মরল-মথুমগী রা হায়রুবদা পাণ্ডবশিংগী কয়িন্সু রাৎলমদে। প্রাকৃত ওইবা মায়কৈরোমদগী য়েংলুরবসু মখোয় রাৎত-পাদবা হায়বদুনি মরমদি ভীম অমসুং অর্জ্জুন হায়বা লাম্বোবা অনী মখোয়গীনি। আধ্যাত্মিক ওইবা মায়কৈরোমদা য়েংলগসু নিংথৌ মশামক ধর্ম্মগী মশক্তি, পুম্নমকী মথক্তা পরমেশ্বর ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনা মখোয়গী য়াইফনবদা খনবা মরূপ অমা ওইনা মশামক য়াওনা মখোয়গীদমক চিন্তা পুবিরম্মী। অদুমক্তদা পাণ্ডবশিংগী অসুক য়াম্বা অরা অনঙ থোকখি। ধর্ম্মগী ওইবা থবকী শক্তি লৈদুনসু, মখা মখাগী মতীক-মগুণ লৈদুনসু, শীন্নাওবদা হৈশিংদুনসু অদুগা শ্রীকৃষ্ণগী মীৎয়েং মথাদা খুৎলাইগী শক্তি লৈদুনসু পাণ্ডবশিংনা পুক্তিদা অসুক

য়াম্বা অরা-অনঙ নংখিবগী মরমদি কালগী প্রভাবতনা ওইখিবনি হায়বা তাই। কাল হায়বসিদি ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণমক্তি, অদুনা কাল প্রভাব হায়বসিনা উৎলিবদি মীওইবনা মরম পুথোক-ঙমদবা কৃষ্ণগী ইচ্ছাদুবুনি। মীওইবা কনাগুম্বা অমগী খুত্তা লৈতবা থোদোকীদমক মুংনাওলুবগী কান্নবা লৈতে।

### শ্লোক ১৬

**ন হ্যস্য কর্হিচিদ্রাজন্ পুমান্ বেদ বিধিৎসিতম্।**
**যদ্বিজিজ্ঞাসয়া যুক্তা মুহ্যন্তি কবয়োঽপি হি ॥ ১৬ ॥**

### শব্দার্থ

ন—নত্তে; হি—লেপ্পমক, অস্য—মহাক্কী; কর্হিচিৎ—কদোৌঙৈদসু; রাজন্—হে নিংথৌ; পুমান্—মীনা, বেদ—খঙঙী; বিধিৎসিতম্—থৌরাং; যৎ—মদু; বিজিজ্ঞাসয়া—য়াম্না কুপ্পা হংবনসু; যুক্তাঃ—যোগ তৌরবা; মুহ্যন্তি—পঙথৈ; কবয়ঃ—তত্ত্বখঙবা পণ্ডিতশিং; অপি—সু; হি - অওইবমক।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে নিংথৌ, মহাক্কী (শ্রীকৃষ্ণগী) থৌরাং হায়বদি অপাম্বা থবক করিনো হায়বদু কনামতনা খঙদে। মাগী থৌরাংদু খঙগে হায়দুনা যোগ সাধন তৌরবা পণ্ডিতশিংনফাওবা পঙথৈ।

### নৈনরোল

মহারাজ যুধিষ্ঠিরনা মাগী হৌথিবা মতমগী পাপ-কর্ম্ম অদুগা মদুগীদমক অৱাবা নংলিবশিংদু করিগীনো হায়না ফুম্বংনরবদু অরেম্বনি খল্লুমু হায়না (বসু তরানিথোইগী মমুঙদা অমা ওইরিবা) ভীষ্মনা হায়রম্মী। অনাদিকালদগী কনামতনা, করি হায়নি শিব অমদি ব্রহ্মাগুম্বা দেবতাশিংন- ফাওবা ভগবান্গী অপাম্বা থৌরাং করিনো হায়বদু খঙলক্তে। মরমদুনা ঐখোয়নদি মদুগী মরমদা করি খঙগনি। মদুগী মরম হংবনসু কান্নদে। জ্ঞানী ঋষিশিংনা কুপ্পা থিজিন্নুবনসু ভগবান্গী থৌরাং করিনো হায়বা খঙবা ঙমদে। খ্বাইদগী ফবা তৌগদবা হায়ববু মরৈ য়েত্তবমথৈ ভগবান্গী ময়াথং ইনবদ-ইনবা অদুনি। পাণ্ডবশিংনা অৱাবা ফংলম্লিবদো মথোয়গী নহাল মপোক্কী কর্ম্মগী ফল নত্তে। ভগবান্না ধর্ম্ম-রাজ্য অমা লীংথৎনবগী থৌরাং তৌবা তারম্মী; মরমদুনা মাগী ভক্তশিংনা ধর্ম্মগী জয় হায়বদু থোকহন্নবগীদমক মতম খরদংগী ওইনা অৱাবা ফংখিবনি। ধর্ম্মগী জয় ওইবা উবদা ভীষ্মদেব চাননা মুংঙাইজরম্মী, অদুগা মহাক্না যুধিষ্ঠিরগী মথক্তা লাল শোক্করম্লবসু যুধিষ্ঠিরবু সিংহাসন মথক্তা উবা যৎবদা ভীষ্ম য়াম্না হরাওখি। ভীষ্মগুম্বা অথৌবা লান্মীনফাওবা কুরুক্ষেত্রগী লান ঙমখিদে, মরমদি অধর্ম্মনা ধর্ম্মবু লক্কা হোৎনদুনসু জয় তৌবা য়াদে হায়বসি ভগবান্না জগত্তা উৎনীঙম্মী। ভীষ্মদেবদি ভক্ত অচৌবা অমনি, অদুবু ভগবান্গী ইচ্ছাদগী ভীষ্মনা পাণ্ডবশিংগী মথক্তা লাম্বেংনখি মরমদি ভীষ্মগুম্বা মহারথীনা অরানবা মায়কৈগী মীচঙ ওইদুনা লান ঙম্মোই হায়বসে ভগবান্না উৎনীঙখি।

### শ্লোক ১৭

**তস্মাদিদং দৈবতন্ত্রং ব্যবস্য ভরতর্ষভ।**
**তস্যানুবিহিতোঽনাথা নাথ পাহি প্রজাঃ প্রভো ॥ ১৭ ॥**

### শব্দার্থ

তস্মাৎ—মরমদুনা; ইদম্—মসি; দৈবতন্ত্রম্—ঈশ্বরগী মথা পোন্বা; ব্যবস্য—লেয়মক খঙদুনা; ভরত-ঋষভ—ভরতনিংথৌগী থারালক্তা অথোইবা; তস্য—মহাকী (ঈশ্বরগী); অনুবিহিতঃ—অপান্বদো; অনাথাঃ—মপু-পান্দ্রবা; নাথ—হে মপু; পাহি—য়োকৃউ; প্রজাঃ—প্রজাশিংবু; প্রভো—হে ইবুংঙো।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ভরত শাগৈগী অথোইবা হে যুধিষ্ঠির, মরমদুনা পুন্নমকসি ঈশ্বরনা নিঙবগী মথা পোন্বা ঙাক্তনি। মসি খঙদুনা ঈশ্বরগী অপান্বদু য়াবা চৎলু। মহাক হৌজিক লৈপাক-ঙাকপা ওইরবনি, অদুনা, হে প্রভু, হৌজিক মপু-পান্দ্রবা প্রজাশিংবু য়োকউ।

### নৈনরোল

য়ুমগী মুপী অমনা মচাম্নুপীদা তাকপিরগা মমৌম্নুপীদা তাকপিবনি হায়বসি পাউরৌ ওইনা লৈরিবনি। মতৌ অদুগুম্না, ভগবান্না মাগী ভক্তদা তাকপি-তম্বিরগা জগৎতা তম্বি। ভক্তদি ভগবান্দগী নোনা তম্নঙাই-করিম্নু লৈতে মরমদি ভগবান্না হৃদিশেংবা ভক্তগী থম্মোইমুংদা লৈরগা ইতৎ-তত্তনা তম্বিদুনদা লৈরিবা পোৎনি। মরমসিনা ভগবদ্গীতা অর্জুনদা তম্বিখিবগুম্না ভক্ত অমবু তম্বিরি তাকপিরি হায়বদু উৎলকপা মতমদা ঐখোয়না খঙগদৌবদি ভক্তবু তম্বিরিবদু বুদ্ধি-য়াৎপা মীতাশিংবু তম্বিবগীদমক্তি হায়না লৌবনি। মরমসিনা ভক্তগী মথৌদি ভগবান্না পীরকপা অয়া-অনা খিবিক্তো য়ারৌ-পুরৌদবমথৈ ভগবান্গী বর-নি হায়না লৌশনগদবনি। ভীষ্মদেবনা পাণ্ডবশিংদা তাক্লম্বদি লৈবাকঙাকপগী দায়িত্বদু করিমতা চিংনদবমথৈ লৌশনগদবনি হায়বসিনি। লাইবক-থীরবা প্রজাশিংসে কুরুক্ষেত্রগী লান্না ঙাকপি-শেন্বিনবা কনা লৈত্রবনি, অদুনা মথোয়না মহারাজ যুধিষ্ঠির রাজশক্তি পায়বা ঙাইরম্লিবনি। ভক্ত অশেংবা অমনা অয়া-অনঙবু ভগবান্গী কৃপানি হায়না লৌয়ি। ভগবান্দি অদ্বয়তত্ত্বনিনা অনীতুগী মরক্তা মীরয়েনগী ওইবা থেয়বা করিমতা লৈতে।

### শ্লোক ১৮

**এষ বৈ ভগবান্ সাক্ষাদাদ্যো নারায়ণঃ পুমান্।**
**মোহয়ন্ মায়য়া লোকং গূঢ়শ্চরতি বৃষ্ণিষু॥ ১৮॥**

### শব্দার্থ

এষঃ—মসি; বৈ—অওইবমক; ভগবান্—পরমেশ্বর ভগবান্; সাক্ষাৎ—চংচংবা; আদ্যঃ—অহান্বা; নারায়ণঃ—(কারণোদকশায়ী) ভগবান্; পুমান্—পুরুষ (মুপা); মোহয়ন্—শুমহৎতুনা; মায়য়া—মায়ানা (মাগী শক্তিনা); লোকম্—বিশ্বজগৎ; গূঢ়ঃ—মীওইবগী য়াথম্না লাম্বা কংদবা (ওইনা); চরতি—চৎলী; বৃষ্ণিষু—বৃষ্ণি শাগৈদা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণ অসি অওইবমক পরমেশ্বর ভগবান্ অদুমক্তি। মহাক আদি-পুরুষ নারায়ণ অদুনি। বৃষ্ণি-নিংথৌগী শাগৈলক্তা ঐখোয়গুম্বা অমা ওইনা য়াওদুনা চৎলি; মহাকা বিশ্বজগৎপু মাগী-শক্তিনা শুমহৎলি।

নৈনরোল

জ্ঞান তান্নবগী বৈদিক-পন্থাদি অথঙবদগী খঙদবা খঙনবা তান্নবা লম্বীথুনি। বৈদিক জ্ঞানদি মহাজনশিংগী মক্কমদগী পরম্পরা ওইনা ফংবনিনা মপুঙ ফানা ফংনৈ। অসিগুম্বা জ্ঞান-সি অহায়বা অমনা হায়রগা চুম্মী হায়না হেক্তা লৌগদবা নত্তে, মতম্মা লৌগনি হায়না খনবদি বুদ্ধি-রাংপা মীতনা শেরান্নবা খনবনি। মপাগী মশক তাকপদি মমাতনা হায়বা ওম্বা মহাজন হায়থুনি। মমাতনা অসিগুম্বা অথ্ুপ্পা রারোল মতাঙদা মরা চংপা মী হায়বথু ওইগদবনি। মরমসিনা মরা চংপা মী (মহাজন) হায়বথুদি হেক্তা হায়জনবা য়াবা নত্তে। ভগবদগীতাগী মরিশুবা অধ্যায়দা রাক্ষম অসি য়াওরি (৪।২)। অথুনা করিগুম্বা অমা খঙগে হায়রবদি মহাজন (মরাচংপা অথঙবা মী) অমদগী খঙবথুনা অচুম্বা নিয়ম্নি। হায়রিবা নিয়মসিমক জগৎনা অচুম্বনি হায়না লৌনরিবনি; ওইদবা ঙাঙবা মীতাদনা হায়রিবা নিয়মসি য়াদথুনা মরৈ পঙয়েৎ য়েৎচবতনি। খুদম ওইনা হায়রগা, হৌজিক্কালগী বায়ুরথশিংনা অতিয়াদা পাই, অথুগা বৈজ্ঞানিকশিংনা থাগী অসোম-থংবা মায়কৈদা কোয়রুরে হায়রগা মখোয়গী রারীথু উরুদবা মীশিংনা থাজৈ মরমদি মখোয়না হৌজিক্কালগী বৈজ্ঞানিক-শিংবু মরা-চংপা মহাজন ওাক্তনি হায়না লৌথুনা লৈরে। মহাজনশিংনা রা ঙাঙভী অথুগা ময়াম্না মখোয়বু থাজৈ। তৌইগুম্বসুং বৈদিক তথ্য ময়ামগী মতাঙদদি হায়রম্বা রাদো হেক্তা থাজগদবা নত্তে হায়না তাকই। করিগুম্বা মখোয়না তথ্যশিংথু লৌরবসু তোঙানবা অর্থ অমা হন্দোকই। বৈদিক জ্ঞানবু মশামক্লা হাকথেংননা ফংবথু মীপূম খুদিংমক্লা পাম্মী, অথুবু মখোয়না পঙবনা রাসি য়ানীঙদে। মসিনা তাকপবু শেরান্নবা লমজিংবিরিবা মীনা মহাজন অমথক্তা হায়বদি বৈজ্ঞানিক-তবু থাজবা ওম্মী অথুগা বেদগী রাদি য়ানিংদে। মরমথুনা মীওইবশিংনা লৈখা তাথখিবনি।

শ্রীকৃষ্ণবু মূল পরমেশ্বর ভগবান্থনি অথুগা অহানবা নারায়ণ অথুনি হায়না হায়থিবা মহাজন অমা লৈ। আচার্য্য শঙ্করগুম্বা মায়াবাদীমরুফাওবা মাগী ভগবদগীতাগী ভাষ্য হৌরকপদা হায়রম্মা মথুদি— পরমেশ্বর ভগবান নারায়ণদি প্রাকৃত সৃষ্টিগী রাংমদনি। বিশ্বব্রহ্মাণ্ডসি প্রাকৃত সৃষ্টিগী মরক্তা অমনি, নারায়ণদি প্রাকৃত জগৎকী রাংমদনি।

দিব্য জ্ঞানগী রা খঙবা মহাজন তরানিথোয়গী মথুঙদা ভীষ্মদেবদো অমনি। মহাক্না শ্রীকৃষ্ণবু মূল পরমেশ্বর ভগবান্নি হায়রম্বথু মায়াবাদী শঙ্করনসু য়াবগী প্রমাণ পীরি। রাক্ষমসি আচার্য্যাশিং অতৈ পূম্নমক্নসু য়ারি। মরমসিনা শ্রীকৃষ্ণবু মূল পরমেশ্বর ভগবান্নি হায়না লৌদনবগী তাঙ্গা লৈতে। শ্রীকৃষ্ণবু অহানবা নারায়ণ অথুনি হায়না ভীষ্মদেবনা হায়। মসিবু ব্রহ্মাজিনা য়াবগী রাসু শ্রীমদ্ভাগবতম্দা য়াওরি (১০।১৪।১৪)। কৃষ্ণ অহানবা নারায়ণ অথুনি। বৈকুণ্ঠদা শীঙলাকঙমদবা মশীঙগী নারায়ণ য়াম্না লৈ; মখোয় লোইনমক মূল ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণদগী থোকখিবা বিলাস ওাক্তনি, অথুনা মখোয় ভগবান্ ওাক্তনি। ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণদগী থোকখিবা বিলাস-মূর্ত্তি অহানবনা বলদেব মূর্ত্তিসিনি; অথুদগী বলদেবনা সঙ্কর্ষণ, প্রদ্যুম্ন, অনিরুদ্ধ, বাসুদেব, নারায়ণ, পুরুষ, রাম অমসুং নৃসিংহ-নচিংবা মূর্ত্তি ময়ামসি ওইনা থোকখিবনি। থোকখিবা মূর্ত্তি ময়ামসি (বিলাস মূর্ত্তিশিংসি) বিষ্ণুতত্ত্ব অমতনি অথুগা মখোয়সিগী থোরককম মরুদি (মূল-দি) শ্রীকৃষ্ণনি। মরমসিনা মহাক স্বয়ং ভগবান্ হায়বথুনি। প্রাকৃত জগৎপু শেম্বা মপু হায়ংথু মহাক্নি. অথুগা বৈকুণ্ঠগী লোক খুদিংমক্তা লৈবা নারায়ণ হায়না খঙনবা অধিষ্ঠাতৃ-দেৱতাসু মহাক্নি। 'মরমসিনা মহাক্না মী মরক্তা মী অমদোনা রাওথুনা তৌররিবা অসিথু বুদ্ধি শুমংথনভাই মথল অমনি। মাগী অথ্ুপ্পা লোকংশিংসি খঙদবা মীতাশিংনা মহাকপু মখোয়গুম্বা মীচম অমগুম্না লৌই হায়থুনা ভগবান্ মশামক্না ভগবদগীতাদা হায়রি।

শক্তি হায়বদি তটস্থা শক্তিগী মথক্তা লোবা থবকী মহৈনি। জীবশিংসে মাগী তটস্থা শক্তিনা ওই-রকপনি। অহুনা মথোয়বু করিগুম্বা মতমদা ভগবান্গী অন্তরঙ্গা শক্তিনা অহুগা করিগুম্বা মতমদা বহিরঙ্গ শক্তিনা শুমহৎলি। অন্তরঙ্গা শক্তিনা শুমহৎলগা শ্রীকৃষ্ণনা নারায়ণ মশীঙ য়াম্না য়াম্না ওইহুনা মশাবু শন্দোকই অহুগা বৈকুণ্ঠ জগত্তা জীবশিংদগী প্রেম-সেবা লোই। মাগী বহিরঙ্গা শক্তিনা শুমহৎলগা মহাক্তা জীবশিংগা মাগা লৈনবা মরী (সম্বন্ধ)—জীবশিংনদি কাউপ্রবা মরী অহু অমুক হন্না নীঙশিংনবা হায়হুনা, প্রাকৃত জগত্তা মী মরক্তা, শা-ঙা মরক্তা নত্রগা দেবশিংগী মরক্তা অবতার তৌই। অহুন্নদি ওইরগা, ভীষ্মগুম্বা মহাজনশিংবুদি ভগবান্গী কৃপাদগী মহাক্তা শুমহত্তে।

## শ্লোক ১৯

**অস্যানুভাবং ভগবান্ বেদ গুহ্যতমং শিবঃ।**
**দেবর্ষির্নারদঃ সাক্ষাদ্ ভগবান্ কপিলো নৃপ ॥ ১৯ ॥**

### শব্দার্থ

অস্য—মহাক্কী (ভগবান্গী); অনুভাবম্—প্রভাব (মতীক মগুণ); ভগবান্—ভগবান্; বেদ—খঙঈ; গুহ্যতম্—য়াম্না থুপ্পা; শিবঃ—শিব মহাদেব; দেবর্ষি—লাইরক্তা ওইবা ঋষি; নারদঃ—শ্রীনারদ ঋষি; সাক্ষাৎ ভগবান্—চংচংবা ভগবান্; কপিলঃ—কপিল (দেবহুতিগী মচানুপা); নৃপ—ইনিংথৌ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে ইনিংথৌ, ভগবান্ শিবনে, দেবর্ষি নারদনে অহুগা চংচংবা ভগবান্ কপিলনে—মথোয় লোইনমক্না ভগবান্গী য়াম্না থুপ্পবা প্রভাব অহু খঙঈ।

### নৈনরোল

ভগবান্গী বিশুদ্ধ ভক্তশিংদি 'ভাব' ঙাক্তনি হায়বদি দিব্য ওইবা প্রেম-সেবা মথল-মথন্দা ভগবান্গী প্রভাব খঙবা মীতানি। ভগবান্গী বিভূতিদি মশীঙ লাকঙমদবা ওইবনা ভগবান্গী বিশুদ্ধ ভক্তশিংগী মশীঙসু লাকঙমদে, মাগী ভক্তশিংসিনা রস মথল মথেল নাইনা ভগবান্বু সেবা তৌগে। মহোশানা ভগবান্গী অথোইবা ভক্ত তরানিথোইনি, মথোয়হুদি—ব্রহ্মা, নারদ, শিব, কুমার, কপিল, মনু, প্রহ্লাদ, ভীষ্ম, জনক, শুকদেব গোস্বামী, বলি মহারাজ অহুগা যমরাজ। ভীষ্ম মথোয়গী মরক্তা অমা ওইরবসু, ভগবান্গী প্রভাব খঙবা তরানিথোইগী মমুঙদা মরু ওইবা অহুম-খক্তগী মফম্ ভীষ্মনা পল্লী। আধুনিক যুগকী অথোইবা আচার্য্য অমা ওইবা শ্রীলবিশ্বনাথ চক্রবর্ত্তী ঠাকুরনা ব্যাখ্যা তৌহুনা তাকই মহুদি—ভগবান্গী অনুভাব ভক্তনা খঙলকপদা মুংঙাইবনা হুমাং মরীক মরীক থোকই, মশা থক থক নীকয়ি, কপথোরকই, হকচাঙ পুম্বদা তুচুংঙী; হায়রিবা বিকারসি ভগবান্গী অনুভাব অহু খঙবা হেজেংলকপগা লোয়ননা, অনুম অনুম লেপ্পা নাইদনা হেজেংলকই। 'ভাব'শিং অসিবু মথল মথেল নাইনা মশেল খঙনবহু যশোদাগা (উহুথোল-গুম্বন্দা পুল্লবা) ভগবান্গা অনীগী মরক্তা লৈনখি, অহুগা অমনা অর্জুনগা মুংশিনবা মরম্না ভগবান্না সারথি ওইবদা মথোয়নিগী মরক্তা লৈনখি। ভগবান্গী 'অনুভাব'শিংসে মহাক্না মহাক্কী ভক্তগী প্রথাশোনবদা উংলি। মহিমা ভগবান্গী অনুভাবকী মওং মতৌ অমনি। শুকদেব গোস্বামীগা কুমারশিংগাদো ব্রহ্মদা লুপশনবা ওইরম্নবহু

'ভাব'গী মওং অমনা দীক্ষা কংদুনা ভগবান্গী ভক্ত ওইথি। ভগবান্গী ভক্তশিংনা অবা-অনং নংবদি ভগবান্গা ভক্তশিংদুগগী মরক্তা 'ভাব' মখল অমা লৈবগী মরম্লি। ভগবানুনা হায়—"ঐনা ঐগী ভক্তশিংবু অৱাবদা ভাহল্লি, মতৌ অদুম তৌরগা ভক্তগা ঐগা প্রাকৃত-নত্তবা 'ভাব' পীথোক পীশিন তৌনদুনা ভক্তদুগী পুক্নীং মোংপা হেন্না কোকশল্লকই। সংসারগী অবা অনংদা ভক্তবু থম্বনা মাবু সংসার মায়া-লাংদগী লোথংতবা য়ারক্তে। মায়াগী সম্বন্ধ হায়বসিদি মায়িক সুখ ভোগ মশেল পীনবগী মথক্তা য়ুক্কম ওইবনি, মসি পুম্নমক সংসারগী লম্‌ম লৈবতনা য়ারিবনি। মরমসিনা ভগবান্না ভক্তগী লৈজবা লম্‌মশিংদো লৌথোকপিগ্রবদি ভক্তদুনা মপুঙ কানা ভগবান্গী মায়কৈদা পুক্নীং থিংজল্লকই। মতৌ অসুম্না ভগবান্না সংসার-কোমগী লৈখোমদা পুথরবা জীববু লাকুনা পুথোকপিরকই। ভগবান্না ভক্তদা পীবা অৱাবশিংদুগা কনাগুম্বনা পাপ তৌদুনা কংবা অৱাবগা য়ান্না খেন্নে। ভগবান্গী অনুভাবশিংসে ব্রহ্মা, শিব, নারদ, কপিল, কুমার অদুগা ভীষ্মখোয়গুম্বা মহাজনশিংনা থোইদোক হেন্দোক্লা খঙই। কনাগুম্বা মীনা মখোয়সিগী কৃপা লৈরবদি অনুভাব সি খঙবা ঙমগনি।

শ্লোক ২০

যং মন্যসে মাতুলেয়ং প্রিয়ং মিত্রং সুহৃত্তমম্।
অকরোঃ সচিবং দূতং সৌহৃদাদথ সারথিম্॥ ২০॥

শব্দার্থ

যম্—মহাকপু; মন্যসে—(নঙনা) খল্লি; মাতুলেয়ম্—নমাগা পোকমিন্নবা মামগী মচানুপা; প্রিয়ম্—নুংশিবা; মিত্রম্—মরুপ; সুহৃৎ-তমম্—ওইজবা থাদোক্লগা অতোপ্পগী য়াইফনবা নীংবা মীতা, অকরোঃ—তৌরম্মী (হাপ্লম্মী); সচিবম্—মন্ত্রী; দূতম্—দূত (পাউখোল্লোয়); সৌহৃদাৎ—থাজবদগী (বিশ্বাস-তগী); অথ—অদুগম্সু; সারথিম্—শাথোৌবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে ইনিংথৌ, নখোয়না খঙদবদগী, মহাকপু নখোয়গী নমাগা পোকমিন্নবা মামগী মচানি, নুংশিরবা মরুপ্নি, নখোয়গী য়াইফনবতা তৌবা মীনি, রা তানফম্নি (মন্ত্রীনি), পাউখোল্লোয়নি (দূতনি), থাজবা য়াবা শাথোৌবনি (সারথিনি) হায়না খল্লুরিবা মহাক্তো পরমেশ্বর ভগবান্ ওইবা শ্রীকৃষ্ণদুনি।

নৈনরোল

পাণ্ডবশিংগী মামনা পোকপা মশেল মবাই ওইনা, মরুপ ওইনা, য়াইফবতা নীঙবা মী অমা ওইনা, মন্ত্রী ওইনা, পাউখোল্লোয় ওইনা অদুগা য়াইফবতা তৌবীবা মী অমা মখোয়না কৃষ্ণবু খল্লবসু শ্রীকৃষ্ণদি অদুম ভগবান্ ওইদুনা লৈ। শ্রীকৃষ্ণনা মশাগী ওইজবা থিরুদবমথৈ মাগী পুকচেল শেংবা ভক্তশিংবু চানবিবনা মখোয়গী সেবা মখল খুদিংমক তৌই, অদুবু মদুম তৌবনা মহাক্না পরমেশ্বর ভগবান্ ওইবগী মরুম অদু হোংলে হায়বদি নত্তে। মহাকপু মীচম অমগুম্না খনবদি মপং-কংনা পঙলে হায়বা তাকপনি।

শ্লোক ২১

সর্বাত্মনঃ সমদৃশো হ্যদ্বয়স্যানহঙ্কৃতেঃ।
তৎকৃতং মতিবৈষম্যং নিরবদ্যস্য ন ক্বচিৎ॥ ২১॥

### শব্দার্থ

সর্ব্ব-আত্মনঃ—মীপুম খুদিংগী থম্মোই-দুংদা লৈবা মাগী; সমদৃশঃ—পুম্নমকপু মীংয়েং চপ মান্নবা য়েংবা মাগী; হি—লেপ্পমক; অদ্বয়স্য—মথন্ত-ঙায়বা অত্তুগী; অনহঙ্কৃতেঃ—প্রাকৃত অহঙ্কার (ঐ-ঐ হায়বা) অত্তু হায়দবা মাগী; তৎকৃতম্—মহাক্না তৌবা খুদিংমক; মতি—বুদ্ধি; বৈষম্যম্—খেন্নবা; নিরবদ্যস্য—অপাম-পামদবা হায়বত্তু লৈতবা মাগী; ন লৈতে; কচিৎ—করিগুম্বা মওংদা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অদ্বয়-তত্ত্ব (মথন্তা-ঙায়বা) পরমেশ্বর ভগবান্ ওইবা মরম্না মহাক মীপুম খুদিংগী থম্মোই-দুংদা লৈ। মীপুম খুদিংবু মহাক্না চানবী, অত্তুগা মহাক নাপল-য়াওদবনি। মরমত্তুনা মহাক্না তৌবা থবক খুদিংমক বুদ্ধি-চোইবগী থবক ওইদে। মহাক্কী অপাম-পামদ্ধ হায়বা লৈতে।

### নৈনরোল

মহাক্কি অদ্বয় তত্ত্বনিনা (মথন্ত' ঙায়বনিনা) মঙোন্দগী তোঙানবা খেন্নবা হায়বা করিস্ত লৈতে। মহাক 'কৈবল্য'-নি, মহাক নত্তনা অতৈ অমা লৈতে। পোৎ খুদিংমক অত্তুগা মীপুম খুদিংমক মহাক্কী শক্তিগী প্রকাশ ঙাক্কনি, মতৌ অম্সুম্না মহাক মরম্নাই পাঙ্গলনা (শক্তিনা) মফম খুদিংদা লৈরিবা পোৎকা খেন্নদবা ওইনা মফম পুম্নমক্তা লৈ। মুমিৎকা মাগী মঙান্-মশেক্কা অমতনি হায়। মতৌ অত্তুগুম্না ভগবান্‌বুস্তু মাগী শক্তিশিংনা য়েন্থোকই। মীপুম খুদিংগী থম্মোইদুংদা লমজিংবীবা ওইত্তুনা লৈরিবা পরমাত্মাত্তু মহাক্কি। মরমত্তুনা মহাক জীব পুম্নমক্কী দোলাই-শাথৌবা অত্তুগা মন্ত্রী ওইত্তুনা লৈরক্লবনি। ঃরমসিনা মহাক্না অর্জ্জুনগী সারথি ওইবা মতমদা মহাক্কী ভগবান্ ওইবগী মফমত্তু থক হোংবা লৈতে· ভক্তিদনা মহাকপু সারথি নত্রগা দূত ওইনা উৎপা ঙম্নিবনি। মহাক্না অদ্বয়তত্ত্বনিনা সংসারিক জীবনগী ওইবা থবক করিমতা মাগী তৌনঙাই লৈতে, মরমত্তুনা মাগীদি থবক্তা অনেম-অরাং হায়না খায়বা লৈতে। পরমেশ্বর ভগবান্ অদ্বয়-তত্ত্বনিনা মহাক্কী অহঙ্কার (নাপল) হায়বত্তু লৈতে, মরমত্তুনা মাগা খেন্নবা পোত্তা, অমগা মহাক্না অমতনি হায়না হায়দে। জড় অহঙ্কারগী অথোই-অহেন হায়বত্তু মঙোন্দা চঙদে। মরমত্তুনা মাগী শুদ্ধ-ভক্তগী সারথি ওইরগা মহাক মশাবু হন্থবা ওইরে হায়না খন্দে। শুদ্ধ-ভক্তদনা মহাক্কী নুংশিরবা ভগবান্‌বু মাগী থবক তৌহনবা ঙম্বসে ভক্তত্তুগী গৌরব-নি।

### শ্লোক ২২

**তথাপ্যেকান্তভক্তেষু পশ্য ভূপানুকম্পিতম্।**
**যন্মেঽসূংস্ত্যজতঃ সাক্ষাৎ কৃষ্ণো দর্শনমাগতঃ॥ ২২॥**

### শব্দার্থ

তথাপি—অত্তুম ওইনমক; একান্ত—অমথক্তবু পামজরিবা; ভক্তেষু—ভক্তশিংদা; পশ্য—য়েংঙু; ভূপ—হে ইনিংথৌ; অনুকম্পিতম্—(হন্থববু) নুংশিবিবা; যৎ—মত্তু; মে—ঐগী; অসূন্—থবাই; ত্যজতঃ—থাগদৌরবগী; সাক্ষাৎ—মশামক্না; কৃষ্ণঃ—শ্রীকৃষ্ণনা; দর্শনম্—য়েংবা, উনবা; আগতঃ—লেঙলক্লে।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে নিংথৌ, মী পুম্নমকপু চপ মান্নবা মীৎয়েংদা মহাক্না য়েংবিরবস্তু, মহাক্না মহাক্কী একান্ত (মাতনা লোইরবনি হায়না খল্লবা) ভক্তশিংবু নুংশিবীবসি য়েংঙু রেসে, মরমদি শ্রীকৃষ্ণ অসিনা শিগদৌরবা ঐঙোন্দা চংচংনা দর্শন পীবিগে হায়না লেংলক্লে।

নৈনরোল

পরম ভগবান্ অদ্বয়তত্ত্ব পরমেশ্বর শ্রীকৃষ্ণনা মীপুম খুদিংগী মকমদা চপমান্নবা য়েংবিরবদু, মওোন্দা হন্‌বা-নাইদনা মশাবু কখোক্চপ্রবা অত্থুগা মহাক নত্তনা ঙাকপী শেন্‌বীনবা মপু অমা খঙজপ্রবা— অত্থুগুম্বা ভক্তদা হেন্দোক্লা পুক্নীং খিংজন্‌বী মহাক্তি। কনাগুম্বগী ঙাকপী-শেন্‌বীবা, মরূপ অমদি মপুনি হায়না পরমেশ্বর ভগবান্দা হন্‌বা-নাইদনা থাজবা পুকচেন্দু নিত্য জীবন ফংবগী হৌনশা ওইবা ফীভম্নি। ভগবান্না মরোইরে হায়না মওোন্দদা পুঙনল নল্লগদা খ্বাইদগী মুংঙাইবা হায়বত্থু ওইনবা হায়দুনা সর্ব্ব-শক্তিমান্ ভগবান্‌গী ইচ্ছানা জীববু শেম্লম্বনি।

মসিগী ওন্নতৈনবা পুকচেন্দি লৈখা তাথনবগী মরম্নি। জীবনা প্রাকৃত জগৎকী মপু ওইনা মনিঙ পুঙতম্ তমগদবনি হায়না শেরান্নবা লোৌখিবদগী লৈখা-তাথনবা পুকচেন অসি চেন্‌খিবনি। অরাবা খুদোংথীবা পুম্নমক্কী মরম মরুদি ওইদবা অহঙ্কার হায়বত্থুনি। অত্থুনা মতম-মফম হায়বদি ফীভম খুদিংমক্তা জীবনা ভগবান্‌গী মায়কৈ তম্‌গদবনি।

ভীষ্মজিনা শিরমদাইদা শ্রীকৃষ্ণনা লেংলক্লুনা দর্শন পীবিরম্বিবসি মহাক্না ভগবান্‌গী ঐকান্তিক ভক্ত ওইবা মরম্নি। কৃষ্ণগা অর্জ্জুনগসি হকচাঙগী ওইবা মরী অমা লৈনরম্মী, মরমদি ভগবান্দু মহাক্কী মমাগা পোকমিন্নবা মামাগী মচাম্নুপানি। অত্থুগা ভীষ্মগা কৃষ্ণগদি হকচাঙগী ওইবা মরী অসিগুম্বা লৈনরমদে। মরমত্থুনা মখোয়নি মরক্তা অমগা অমগা চিংশন্নরম্বদি আত্মাগী সম্বন্ধ লৈবননি। অত্থুমকপু হকচাঙগী মরী হায়বসি কয়ামুক মুংঙাইবগে অত্থুগা হৌনশা ওইনা থোকপগে হায়বদু, ভগবান্দু, মাবু কনাগুম্বনা নন্দ মহারাজগী মচান্নি, যশোদাগী মপারি, রাধারাণীগী মুংশিজবা মবুংঙো হায়না কৌরকপা মতমদা, অমুক হেন্না হরাওজে পেন্‌জৈ। ভগবান্‌গা হকচাঙগী সম্বন্ধ লৈবদগী নক্লবসি ভগবান্‌গা প্রেম-সেবা তৌথোক-তৌশিন তৌনরুবগী থোইদোকপা মওং অমনি। ভীষ্মদেব প্রাকৃত-নত্তবা রস অসিগী মাধুর্য্য খঙলম্মী, মরমত্থুনা মহাক্না ভগবান্‌বু 'নন্দনন্দন' অমদি যশোদা-নন্দন' হায়বা মিংগৌগুম্বনা হায়বদি 'বিজয়-সখে' 'পার্থসখে' হায়না কৌনিঙঙী। ভগবান্‌গা দিব্য মাধুর্য্যদা সম্বন্ধ থমগে হায়বগী খ্বাইদগী হেন্‌বা উপায়দি মহাক্কী শকখঙলবা ভক্তশিংগী মপান্-তাংলগা ভগবান্দা চঙজগদবনি। ভগবান্‌গা সাক্ষাৎ হকথেংননা সম্বন্ধ থম্নবা হোৎনফদে। অচুম্বা লম্বীদা লমজিংবিনবা মতীকচাবা কনাগুম্বনা থোঙ ওইদবা ইয়া য়াদে।

শ্লোক ২৩

**ভক্ত্যাবেশ্য মনো যস্মিন্ বাচা যন্নাম কীর্ত্তয়ন্।**
**ত্যজন্ কলেবরং যোগী মুচ্যতে কামকর্ম্মভিঃ॥ ২৩॥**

শব্দার্থ

ভক্ত্যা—ভক্তিগা লোয়ননা; আবেশ্য—লুপ-শন্দুনা; মনঃ—পুক্নীং; যস্মিন্—মওোন্দা; বাচা—বাহৈনা; যৎ-নাম—মাগী (শ্রীকৃষ্ণগী) মিং; কীর্ত্তয়ন্—শোন্দুনা; ত্যজন্—থাদোক্লুনা; কলেবরম্—হকচাঙ; যোগী—ভক্তিযোগদা লৈবা মীনা হায়বদি ভক্তনা; মুচ্যতে—অরান্-খুভম (মুক্তি) ফংঙী; কাম-কর্ম্মভিঃ—সকাম কর্ম্মদগী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণদা ভক্তি-লৈরবা ভক্তনা মপুক্নীং লুপশন্দুনা থল্লগা অমহুং বাহৈনা মাগী মিংলেন শোন্দুনা দেহ থারগা সকাম কর্ম্মদগী অরান-খুভম ফংঙী।

নৈনরোল

'যোগ'-গী অর্থদি বিষয় অতৈ পূম্বা কাউথোক্লগা পূক্লীংনা বিষয় অমথক্তদা লুপ্পা হায়বনি। মসিগুম্বা পূক্লীং মক্লপ্তি তশেংবমক সমাধি হায়বত্নি হায়বদি ভগবৎ-সেবাদা পুঙলুপ-লুপ্পা হায়বত্নি। মতৌ অদুগুম্না মপূক্লীং খিংজন্নবা মীবু যোগী কৌয়ি। অসিগুম্বা ভগবান্গী যোগীভক্তদি ভগবান্গী সেবাদা পুঙ কুম্নরি চুপ্পা মশাবু শীজয়ে, অদুম তৌবত্না মাগী রাখল পূম্নমক ভগবান্গী সেবা মখল ময়ামদা চঙহল্লি; সেবা মখল ময়ামদি—শ্রবণ (নাকোঙনা ভগবান্গী মরমদা রা তাবা), কীর্ত্তন (ভগবান্গী নাম-গুণ-লীলা শকশোনবা), স্মরণ (নীঙশিংবা), পূজন, বন্দন, দাস্ত ( মনাই ওইনিংনা ওইবা ), য়াথং ইনবা, সখ্য (মরূপকী সম্বন্ধ থম্বা), আত্মসমর্পণ (মশাবু অমদি মশাগী লৈজবা পূম্নমক ভগবান্দা কখোকপা)—অসিনি। অসিগুম্বা অভ্যাসনা হায়বদি ভগবান্গী সেবাগা মরী লৈননা চংলিবা মীচুবু ভগবান্না শক খঙবী হায়বদি লৌখৎপি, রাকমসি সমাধিগী থমথোংবা মতাঙগী মরমদা ভগবদগীতাদা ব্যাখ্যা তৌত্না তাল্লি। অসিগুম্বা অতাঙবা ভক্তবু ভগবান্না যোগীলক্তা অথোইবনি হায়। অসিগুম্বা মপূঙ ফারবা যোগীনা ভগবান্গী কৃপাদগী ভগবান্দা মপূক্লীং লুপশনবা মপূঙ ফানা ঙম্মী; মতৌ অসুম তৌরগা দেহ থাদোকত্রিঙৈদা হরিগী মিংলেন অশেঙবত্ শোল্লগা ভগবান্গী অন্তরঙ্গা শক্তিগী মপান্না যোগীচু প্রাকৃত জীবন অমসুং মত্তুগা মরী লৈনবা মরম পূম্নমকী রাংমদা লৈবা নিত্য লোক অমদা কাথা ঙমজে। মায়াগী পুল্লিদদি জীবনা মাগী কাম্য কর্ম্মগী ফল মতুং ইন্না মপোক মপোক খুদিংদা অবা মৈচাক মখল অহুম থাঙবা তাবনি। ভগবান্গী মফমদা ভক্তি সেবা তৌবনদি জীবগী হৌমিন্নরকপা অপাম্বশিংদো হাপ্তোক্তে, অদুবু মাগী অপাম্বশিংদো ভগবৎ-সেবাগী মরমগীদমক ওইহল্লি। মাগী অপাম্বত্ বৈকুণ্ঠ আকাশদা চংনিংবা হায়বত্ ওইরকই। ভীষ্মদেবনা (শ্লোকসিদা) পল্লিবা যোগ অসি ভক্তিযোগ কৌবা মখল অত্নবুনি। মহাক লাইবক ফবনা ভগবান্বু মাগী প্রাকৃত দেহ থাদ্রিঙৈদা দর্শন তৌজখি। মরমত্না মখাদা পল্লিবা শ্লোক অসিদা মহাক্লা ভগবান্বু মাগী মীৎয়াঙদা লৈবিয়ু হায়জখি।

শ্লোক ২৪

স দেবদেবো ভগবান্ প্রতীক্ষতাং
কলেবরং যাবদিদং হিনোম্যহম্।
প্রসন্নহাসারুণলোচনোল্লস-
মুখাম্বুজো ধ্যানপথশ্চতুর্ভুজঃ॥ ২৪॥

শব্দার্থ

সঃ—মহাক; দেবদেবঃ—লাইগী লাই (লাইকোক-পরমেশ্বর); ভগবান্—ভগবান্; প্রতীক্ষতাং—ঙাইবিয়ু; কলেবরম্—হকচাঙ; যাবৎ—মতমত্তুগী মখেং; ইদম্—মসি; হিনোম—থাদোকনি; অহম্—ঐনা; প্রসন্ন—হরাওরবা; হাস—মনোক; অরুণ-লোচন—অঙুক হন্দোরকপা মুমীৎকূম্না ঙাঙলবা মীৎ; উল্লসৎ—ফজনা লৈতেংলবা; মুখ-অম্বুজঃ—মাগী মায়থোং-থম্বাল; ধ্যানপথঃ—ঐগী ধ্যানগী লম্বীদা; চতুর্ভুজঃ—খুৎ-মরি-লোঙবা নারায়ণ (ভীষ্মদেবগী ইষ্ট-দেব)।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ঐনা থাদোক্লীংবা মতমদা ঐগী হকচাঙসি থাদোক্ত্রিবফাওবা—হরাও হরাও মোমোন্নোকপা, অঙুক-হন্দোরকপা কোয়োহনবগুম্ ঙাঙবা মিৎয়া-থম্বাল্লা ফজনা লৈতেংলিবা মায়থোঙ-থম্বান্না মাগী

ওইরিবা, মী পুম্নমক্কী ধ্যান-তৌনফম ওইরিবা, খুৎ-মরি-লোঙবা পরমেশ্বর শ্রীকৃষ্ণ অদুনা ঐগী মাঙদা চানবিদুনা লৈরগা ঙাইবিবা ওইসনু।

নৈনরোল

শ্রীকৃষ্ণ মূল নারায়ণ অদুনি হায়বা ভীষ্মদেবনা নীংথিনা খঙই। মহাক্কী ইষ্টদেবদি (লাচ্চবা লাইদি) খুৎ-মরি-লোঙবা নারায়ণ-দুনি। অদুগা মাগী খুৎ মরি-লোঙবা নারায়ণ অদু শ্রীকৃষ্ণগী স্বরূপ প্রকাশ অমনি হায়বসু ভীষ্মনা খঙই। অপাম্নবা হায়দ্রবসু মহাক্না পামজরম্বদি শ্রীকৃষ্ণনা মাগী খুৎ-মরি লোঙবা মূর্তিদু উৎপিবা অদুনি। বৈষ্ণবতি তৌথোরকপা ব্যবহারদা নম্র-স্বভাব ওই মতম পুম্নদা। ভীষ্মদেবনা মাগী প্রাকৃত দেহদু হেক থাদোকপগা বৈকুণ্ঠ ধামদা চৎকনি হায়বদু লৈপাক্কা খুদুম্না শুবগুম মহাক খঙম্নবসু মশাবু তোম্না খঙবা বৈষ্ণব অমা ওইনা মহাক্না ভগবানগী ফজরবা মায়থোঙ উনীংলম্মী, মরমদি মাগী ছৌতিক লৈরিবা দেহদু থাদোক্লবা মতুঙদা ভগবানবু অমূক হন্না উরদবা য়াই থনবদগীনি। ভগবান্না মাগী শুদ্ধ-ভক্তবু মাগী ধামদা শোয়দনা চঙহনগনি হায়বা মাগী লেঙদবা বা লৈরবসু, বৈষ্ণব অমতনা নাপনজবা লৈতে। মফমসিদা ভীষ্মদেবনা হায়রি— "ঐনা ঐগী দেহ থাদোক্তি্রবফাওবা।" বাৎসিনা তাকই সেনাপতি অচৌবসি শিনীংবা মতমদা শিগনি হায়বা। মঙোন্দা প্রকৃতিগী নিয়ম চঙদে। মহাক কয়ামুক শক্তি চেল্লম্বগে হায়রবু মহাক্কী দেহদুদা মানা লৈনীংলিবমখে লৈবা ঙম্লম্মী। মসি মহাক্না মপাবুংদগী বর ওইনা ফংখিবনি। মমাঙদা শ্রীকৃষ্ণ চতুর্ভুজ ওইনা লেপ্লসু মহাক্না পামজরম্মী, করিনা মদুম তৌরবদি মহাক্না মহাকপু ধ্যান তৌজরগা সমাধিদা লুপ্না ঙমগনি। অদু ওইরবদি ভগবান্তগী বাথক্তনা মাগী পুক্নীংদু থনখিবনা অতৈ বাথল অমতা থন্দবনা পুঙশেঙ শেঙলগনি। অসুম্না তৌবনা মহাক কদায়দা চৎলগবা হায়বগী বাখল লৈরমদে। শুদ্ধ ভক্তদি ভগবান্গী ধামদা চৎপগীদমক থোইনা থোয়রাঙদে। মহাক ভগবান্গী ইচ্ছাগী মথা পুঙপোন পোম্না লৈজে। অদুনা ভগবান্নবু নীংলবদি নরক-কোমদা লেল্লবসু মহাক অদুম মপেজে। শুদ্ধ ভক্তনা পামজবা হায়ববু ভগবান্গী খোঙ-থম্বান্দুদা ধ্যান তৌদুনা লৈজবা অসিতনি। ভীষ্মদেবসু মবুক্নীংদো ভগবান্বুদা থন্দুনা লুপচবা অমসুং অদুম্না লুপচ-লুপচ শিজ যংবা— অসিতমক পামজখি। শুদ্ধ ভক্তগী বাংলেন-বাংবা আশাদি অদুতনি।

শ্লোক ২৫

সূত উবাচ

**যুধিষ্ঠিরস্তদাকর্ণ্য শয়ানং শরপঞ্জরে।**
**অপৃচ্ছদ্বিবিধান্ ধর্মানৃষীণাং চানুশৃণ্বতাম্ ॥ ২৫ ॥**

শব্দার্থ

সূতঃ উবাচ—শ্রীসূত গোস্বামীনা হায়রম্মী; যুধিষ্ঠিরঃ—যুধিষ্ঠিরনা; তৎ—মদু; অকর্ণ্য—নাকোঙনা তারগা; শয়ানম্—হিপ্লম্লিবা; শরপঞ্জরে—তেজৈগী ফমুংদা; অপৃচ্ছৎ—হংখি; বিবিধান্—মথল-মথা; ধর্মান্—তৌগদবা মথৌশিং; ঋষীণাম্—ঋষিশিংগী; চ—অমসুং; অনুশৃণ্বতাম্—মনাকোঙনা তাখি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীসূত গোস্বামীনা হায়রম্মী—(ভীষ্মদেবগী বাকৎ) অদু তারগা যুধিষ্ঠির মহারাজনা তেজৈগী ফমুংদা চেল্লম্বা ভীষ্মদা ঋষিশিংগী মমাঙদা ধর্ম মথল মথাগী বা হংখি।

নৈনরোল

বাকৎপগী খোঙ্ঘাংদা ভাগুছুনা ভীষ্মদেবনা মঙাক থুনমক শিরগনি হায়বত্থুগী বাখল মহারাজ যুধিষ্ঠিরবু খলহনখি। শ্রীকৃষ্ণনসু যুধিষ্ঠিরদা ধর্ম্মগী বা হংহৌনবা থৌজল্লমী। মহর্ষি অদুক য়াম্বগী মমাঙদা শ্রীকৃষ্ণনা যুধিষ্ঠির মহারাজবু ভীষ্মদগী ধর্ম্ম-তত্ব হংহৌ হায়রবা ইনশলহ্বসিনা তাকপদি অসিনি মত্থুদি—ভীষ্মগুম্বা ভগবদ্ভক্তদি য়েংবদা গৃহস্থ অমগুম পুন্সিরম্বা ওইনা উরবসু মহর্ষি ময়ামদুদগী করি হায়নি শ্রীব্যাসদেবমক্তগীসু হেল্লী হায়বসিনি। বাকম অমনা মতমদুদা ভীষ্মদেবহু শরশর্য্যাদা য়াহিপ্পদা নত্তনা কীভমদুনা য়াম্নসু বাকম থোক্লবনি। অদুবু ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনা প্রমাণ ওইনা উৎনিঙলম্বা অমা লৈ, মদুদি—দিব্যজ্ঞান লৈবা মরম্না মাগী ভক্তশিংগী পূরীং হকচাঙ অনীমক মতম পুম্বদা তেক্ত-কায়দবমখৈ লৈ হায়বসিনি; মতৌ অসিনা কীভম-মতম পুম্বদা ভগবানগী ভক্তদি পুন্সিগী চংকদবা অচুম্বা লীচংকী মঙমদা ভাঙবা গুম্বা তেক্ত কায়দবা ওইনা লৈ। যুধিষ্ঠিরসু মাগী সমস্তাগী ওইবা বাহংশিংহু ভীষ্মদেবদগী হংনিংলম্মী, য়েংবদা হেন্না হৈবা ওইনা উরিবা মকমদুদা তিল্লিবা মী অতৈদগী হংগদৌবগী শরুকপুদি। মসি থোকখিবসি অতৈনা নত্তে, ভক্তগী মগুণ লৈহনগে হায়বা চক্রধর শ্রীকৃষ্ণগী খুজিত্তননি। মপা ওইবা মীনা মচাবু মশামক্তগী হেন্না মিং চৎহল্লিঙঙী। ভগবানবু পূজা তৌববুদি মাগী ভক্তবু পূজা তৌবনা মমল-কাবনি হায়না ভগবাননা কম্বী থোক্লা লাউরম্লবা অমনি।

শ্লোক ২৬

পুরুষস্বভাববিহিতান্ যথাবর্ণং যথাশ্রমম্।
বৈরাগ্যরাগোপাধিভ্যামাম্নাতোভয়লক্ষণম্ ॥ ২৬ ॥

শব্দার্থ

পুরুষ—মীওইবা; স্বভাব—মশাগী ওইবা মতৌ (শাহৌ); বিহিতান্—লেপ্লবা; যথা—তুংইন্না; বর্ণম্—মীতা মশক খায়বা (বর্ণধর্ম্ম); যথা—তুংইন্না; আশ্রমম্—পুন্সিগী খায়দোকপা শরুক (আশ্রম ধর্ম্ম); বৈরাগ্য—মায়াগী অপাম্বা লৈতবা; রাগ—মায়াগী অপাম্বা; উপাধিভ্যাম্—উপাধিদগী (মিং-খোন্দগী); আম্নাত—মথং মনাও নাইনা; উভয়—অনীমক্তী; লক্ষণম্—খুদম।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মীওইবগী স্বভাব মতুঙ ইন্না বর্ণ অমসুং আশ্রম ধর্ম্মগী বা ভীষ্মদেবনা তাক্লমী। অদুদগী মথং মনাও নাইন্না ধর্ম্ম অনীসিগী লক্ষণশিংহু তাকখি।

নৈনরোল

ভগবানগী খুজিন-থৌরাংনা ওইখিবা (ভগবদ্গীতা ৪।১৩) বর্ণ মরি অদুগা আশ্রম মরিসে মীওইবগী দিবা গুণশিংহু হেক্তংনবগীদমক্তি, মদুম তৌরগা মী অমনা মশাগী মশক (আত্মাবু) থঙজবা অসুম অসুম হেক্তংলক্লনা অদুগী মতুং ইন্না চৎচরগা মায়া-লাংদগী লাম্বোকপা ঙমগনি। হায়রিবা বিষয়-সিমক পুরাণ অয়াম্বদা অর্থ অমতদা নৈনরিবনি। অদুম্না মহাভারতকী মসুঙদা শান্তি-পর্ব্বগী হুম্ফুগুবা অধ্যায়দগী হৌদুনা বিষয়সি ভীষ্মদেবনা পাক চাউনা নৈনদুনা তাক্লিবনি।

'বর্ণাশ্রমধর্ম্ম' অসি লৈপাকমচা তাবা মীভাগীদমক য়পুন্সিহু মহৈ য়াম্নবা মতোল-লোয়া লোইশন্নবা পায়া তাকপিনবা শাস্ত্রগী বিধিনি। আত্ম উপলব্ধি (ইশাবু থঙবা) হায়বসে চার-তুম্ন-ক্রিয়-পাদোংনরগা

পুন্সি লেল্লিবা হুম্বা জাৎকী শা-ওাগী পুন্সিদম্বী তোঙানবা পোত্তা অমনি। ভীষ্মদেবনা মীওইবা অমনা চেনগদবা গুণ মাপনথক তারুক্লী মথুদি— ১) শাউদবা, ২) ওইদবা ওাওদবা, (অওইবা ওাওবা), ৩) চপ মান্নবা লন্ য়েঙ্খোকপা, ৪) (মরাল) ওাকপিবা, ৫) শাস্ত্রবিধি মতুং ইন্না মুপী থিরগদা অওাও পোকপা, ৬) পুক্নীং অমসুং হকচাঙ লুনা থম্বা, ৭) কনাগুম্বগা য়েংথিনদবা, ৮) ইচম চম্বা (লৌথুপ লৌকোইদবা), ৯) মনাই অমদি মথা থোংবা মীবু য়োকপা। হায়রিবা অহানবদগী চেনগদবা গুণশিংসে চেন্নবা মীবু লৈবাকমচা তাবা অমনি হায়বা য়াদে। গুণশিংসিগী মথক্তা, ব্রাহ্মণশিং, ক্ষত্রিয়শিংনা বৈশ্যশিংনা অমদি শূদ্রশিংনা বেদশাস্ত্রনা তাক্লিবা শিল্লম নাইবগী থোইদোকপা গুণশিংস চেন্নবা তৌগদবনি। ব্রাহ্মণশিংশীদি ইন্দ্রিয় খুত্থম চন্দুনা চৎপা হায়বসি তৌদবা শূকয়া য়াদবা গুণ অমনি। মসি নীতি লীচংকী য়ুম্ফম্নি। আইন্না য়াবা মুপী লৌরকাওবদা পাদোং-লমহেন হায়রন্থ হেল্লোইদৌবনি, মন্থ তৌরবদি য়ুম্বান্ খুত্থম চনবা (পরিবার-নিয়ন্ত্রণ) হায়বন্থ মশানা অত্থম থোকচরগদবনি। বেদনা তাকপা পুন্সি ময়েল লেন্সরবদি ব্রাহ্মণ অমনা মগুণ ময়ামন্থ শেরান্নগা শীজন্নগ-দৌরিবনি। হায়রিবসিনা তাকপদি মহাক বেদ শাস্ত্রশিংন্থ থবাই য়াওনা নৈনবা তাই হায়বসিনি; থোইদোক হেন্দোক্লা শ্রীমদ্ভাগবতম্ অমদি শ্রীমদ্ভগবদগীতা অনীসি নৈনবা তাবনি। বৈদিক জ্ঞান ফংগে হায়রবদি ভক্তিসেবাদা শক্লক চামগী শক্লক চামা লুপ্লবা ভক্ত অমদা থনবা তারে। শাস্ত্রনা য়াদে হায়বা (নিষেধ তৌবা) থবক অমতা মহাক তৌবা য়াদে। য়ু নৎত্রগা চুরুপ থক্লবা মীনা ওজা ওইবা য়াদে। হৌজিক কালগী শিক্ষা পীবগী মভাওদদি ওজা ওইগদৌরিবন্থগী বিদ্যাগী উপাধি য়েংলগা লোইরে মাগী নৈতিক জীবন (পুন্সিগী লমচৎ) অন্থ করম তৌবনো হায়বা য়েংনদে। মরমসিনা শিক্ষাগী ফলদি অরাংবা থাক্লী বুদ্ধিবু লম্ন অয়াম্বদা শেরান্নগা শীজন্নরিবসিনি।

শাসনগী চৈরাক পায়রিবা ক্ষত্রিয় অমদা দান কৌবা ধর্মন্থ তৌগদবনি, করিগুম্বদন্থ মীওোন্দগী দান লৌফদে হায়বা ধর্ম পাওতাক অন্থ থোইদোকপা অমা ওইনা শাস্ত্রনা তাকই। হৌজিকালগী শাসকশিংনা রাজনৈতিক অনুষ্ঠান অমগীদমক ময়ামগী মফমদগী চাঁদা থায়গৎলি, মথোয়না রাষ্ট্রীয় অনুষ্ঠান অমগীদমক প্রজাশিংদা দান তৌদে। মতৌসি শাস্ত্রনা হায়বগা পুওওন-ওন্নবা থবক্তি। ক্ষত্রিয়শিং হায়বদি শাসন পায়বশিংনা শাস্ত্র মুন্না হৈগদবনি, অন্থুন্দি ওইরগা ওজাগী (হায়বদি ব্রাহ্মণগী) থবক্তি তৌরক্লোইদৌবনি। শাসন-পায়বশিংনা অহিংসা-নীতি চংলী গ্নায়শন্থনা নরক-লম্বী পাংনবা তৌফদে। অর্জুন্না কুরুক্ষেত্র লানকমদা মীহাৎনীংদবা অয়ম্বা মীতা অমা ওই-নীংলম্বা মতমদা মহাকপু শ্রীকৃষ্ণনা থীনা চৈবিখি। ভগবান্না অর্জুনন্থ মীহাৎনীংদবা ধর্ম লৌনীংলে হায়খিবগীদমক মতমন্থদা হৌন-লীচৎ-নাইদবা মীতা অমা ওইনা হুম্বরম্মী। ক্ষত্রিয় মচাশিংদি মশামক লানগী মহৈ তমদবা য়াদবনি। অয়ম্বা মীবু ভোট য়ান্না ফংলে হায়ন্থনা রাষ্ট্রপতিগী তাওবন্দা কাহনবা চুমদে। নিংথৌশিংদি লৈবাক প্রজাগী মমুওদা অশোন অনা মুপী-অওাওবু কন্নবগী থৌনা চেনবা মী ওইরম্মী, মরমন্থনা, নিংথৌ ওইগদৌরিবন্থনা নিংথৌ মথৌ চপ চানা খওলবদি নিংথৌ পানবা হায়বন্থ অন্থম পালহনবনা চুম্বনি। লাম্থেংনবদা নিংথৌ নত্রগা রাষ্ট্রপতিনা খুৎলাই পান্দুনা শোকত্রিবমীথেদি য়ুমদা থক হন্নকফদে। হৌজিক নিংথৌনি হায়রিবা মীতাদি লাম্থেংনফম অন্থদা থক চংতে। মহাক্লা হৈবদি ওইদবা জাতিগী ইজ্জৎকীনি হায়ন্থনা লাম্থেংনরিবা লামীশিংবু তাংওং অমদা থৌগৎপা অন্থদনি। শাসন পুরিবা কাওলুপ্লা বৈশ্য অমদি শূদ্রগী দল অম্না ওনখিবদা সরকার পুম্বা হৌনা মোৎপা হায়বন্থদি শোয়ত্রবনি।

লয়োন্-ইভিক-তৌবা বৈশ্যশ্রেণিগী মীওাশিংদা থোইদোক-হেন্দোক্লা তাকপদি শলশিংবু ওাক শেন্নবা তৌ হায়বনি। শল-শাবু ওাকশেনবগী অর্থদি শল্লোমদগী থোকপা পোথোক হায়বদি দধি

অমদি সাধন রাজা হেক্না পুখোকপা হায়রবনি। লৈউবগা চীঙাক য়েন্‌বগা থবক অনীসি বৈদিক শিক্ষানা শোগ্রথরবা অমসুং দানধর্ম্ম খঙলবা বৈশ্যজাতিগী মক ওইবা থবক্নি। প্রজা ঙাকপগী থবক ক্ষত্রিয়শিংদা শিন্নবগুম শা-শল ঙাকপগী থবক বৈশ্যশিংদা শিন্নরম্মী। শা-শলশিংসে হাংতোক্লবগী-দমক য়োকপা নত্তে। ভীব হাংপদি ধর্ম্মশিংগী শাজং চৎপগী খুদম্নি। মীওইবগীদমক্তি লৌউবগী পোৎথোক, উহৈ অমদি শঙোম লৈরগা মতীক-চাবা চীঙাক চঙগদবহ্ ওক্লে। মীওইবা সমাজগী পূক্নীংদি শা-শল কন্নবদা হেক্না থোইনা থিংজনগদবনি। শিন্মীনা লল্লোন্নবগীদমক পোৎ-চৈ শাগৎপগী থবক হেক পায়বদা মহাক্কী পোৎথোকহনবা শক্তিহ্ শেয়ান্নবা শীজন্নরয়নি। পোৎ-শাবগী থবক মখল মখল লৈরিবশিংসিনা মীওইবগী চঙদবা য়াদবা পোৎলম হায়বদি ফৌ-চেঙ, গেহু, হবাই, শঙোম, উহৈ অমদি চাননবা মনামগীঙ পুথোকপা ঙমদে। মেশিন অমদি মেশিনগী খুজু-খুৎলাইশিংনা মশাগী কান্নবদা উন্নবা মী কাঙলুপ অমগী খুৎশেম-পুন্সি মরেল হেজংহল্লী, অহুগী ফল ওইনা মী লীশীঙ লীশীঙ চাবা ফংদহুনা অশান্তিগী পুন্সি লোন্নী। মসিবু সভ্যতাগী শক্তম্-চাং ওইনা লৌবা চুমদে।

শূদ্রশিংদি বুদ্ধি-রাংপা জাৎনি অহুনা মখোয়দি নীঙ-তম্বা য়াদে। মখোয় সমাজগী থক্-থোংবা মী-কাঙলুপ অহমগী সেবা থম্মোই-শেংনা তৌগদবনি। অরাঙবা থাক্কী মীগী সেবা তৌরগদা পুন্সিদা পূক্নিঙ-হকচাঙগী মুংঙাইবা হায়বহ্ শূদ্রশিংনা ফংগনি। শূদ্রশিংনা শেল তুঙশন্দুনা থম্বা যাদে হায়বা শাস্ত্রগী বচন লৈ: মরমদি মখোযনা শেল য়াম্না পায়রবদি শেন্নান্নবা হায়বদি য়ু থকপদা, মুপীদা অহুগা জুবা শান্নবদা শীজন্নে। য. মুপী অমদি জুরানা তাকপদি মীশিংহ্ শূদ্রদগী হন্নবা শাজং চৎলে হায়বা তাকপনি। থকথোংবা থাক্কী বর্ণশিংনা শূদ্রশিংবু য়োক-থাকদবনি অমসুং মখোযগী শীজন্নরবা ফিমন অহ শূদ্রশিংদা থোনবিগদবনি। শূদ্র অমনা মাবু লোইরিবা মপুহবু অহল ওইরক্লবা অহুগা হকচাঙ-শোন্নবা মতমদা হন্দোকফদে; অহুগা মপুহনহ্ মনাইশিংহুগী মাযৈক পূম্বদা পেলহন্নবা থৌরাঙগদবনি। যজ্ঞ তৌবা তারবদি তৌত্রিঙৈগী মমাঙদা ইহান্ হান্না শূদ্রশিংবু অহাউ-অহাউবা অচাপোৎ পীজগদবনি অহুগা অফ-অফবা ফি থোন্‌বিহুনা পেলহনগদবনি। হৌজিক্কালগী যুগসিদদি লুপা কভোর কভোর চঙবা অনুষ্ঠান য়াম্না তৌরবহ্ কম্রিস্-লৈজত্রবা শূদ্র হাযবদি শিন্মীশিংবু হাউনা পীজবা, মখোযদা ফি-শেল দান তৌবদি য়াওদে। শিন্মীশিংনা মরম অহুদগী পেন্দ্রে, অহুনা মখোয়না ইরাং ক্লৌরে।

বর্ণশিংসে, হায়বা তারগদি, শিল তোঙান তোঙানবগী মী-কাঙলুপ থায়বা হায়বহুনি অহুগা আশ্রমধর্ম্মসিনা আত্ম-উপলব্ধি তৌনবগী লম্বীদা অম্সুম অম্সুম মথঙ মথঙ কাখৎলকপগী চাওথৎলম শেম্বনি। বর্ণগা আশ্রমগা অনীসি অমগা অমগা মরী লৈনৈ, অহুনা অমনা অমগী তুং ইন্না লৈবনি। আশ্রমধর্ম্মগী মুখ্য লক্ষ্যদি জ্ঞান অমসুং বৈরাগ্য পোকহন্‌বনি। ব্রহ্মচারী আশ্রমদি জ্ঞান-বৈরাগ্য তান্নিঙবা মীতাম্শিংগী শিন্দম্‌ফম্নি। আশ্রমসিদা মীওইবদা তম্বি-তাকপিরিবা বাদি—প্রাকৃত জগৎসে জীবগী অশেঙবা মযুম নত্তে—হায়বা বাসিনি। মায়া-লাংদা থুন্নবা মীশিংদি জড় (থরাই-পান্দবা) ওইবা পোৎকী বন্দীনি, মরমহুনা আত্মাবু উপলব্ধি (খঙবা) অসিনা পুন্সি-পান্দম অথম্বনি। আশ্রম-ধর্ম্ম পুন্নপসি বৈরাগ্য (মায়া লাংদা থুদনবা) হায়বহুগী উপায়নি। বৈরাগ্যগী পূকচেল লৌশন্‌বা ঙমত্রবা মীতানা বৈরাগ্য ফংলক্লবা রাথলগা লোয়ননা য়ুম পান্‌গদবনি (গৃহস্থ ওইগদবনি)। মরমসিনা বৈরাগ্যগী পূকচেল চেন্নক্লবা মতমদা মী অমনা খুদক্তা সন্ন্যাস কৌবা মরিগুবা আশ্রমদা চঙহুনা দান চাহুনদা হিংবা তাই; দান অহ্ তুঙশন্দুনা থমগদবা নত্তে। চুম্নগী হিংননবগীদমক দান চারগা আত্মা উপলব্ধিগী সাধন তৌহুনা লেন্‌গদবনি। গার্হস্থ্য আশ্রমদি

য়ুবাম্লিংবা বৈরাগ্য-ভাব-লৈত্রিবা মীভাশিংগীনি, মায়িক-জীবনবু পামত্রবা হায়বদি বৈরাগ্য-ভাব-পোল্লবা মীভাশিংগীনা বানপ্রস্থ হায়বসিগা সন্ন্যাস হায়বসিগা আশ্রম অনীসিনি। ব্রহ্মচর্য্য-আশ্রমদিনা সংসারী ওইবা পাম্বা পামদবা অনীগী পারা তম্ফম্মি।

## শ্লোক ২৭

**দানধর্ম্মান্ রাজধর্ম্মান্ মোক্ষধর্ম্মান্ বিভাগশঃ।**
**স্ত্রীধর্ম্মান্ ভগবদ্ধর্ম্মান্ সমাসব্যাসযোগতঃ॥ ২৭॥**

### শব্দার্থ

দানধর্ম্মান্—দান তৌবগী থবক; রাজধর্ম্মান্—নিংথৌনা তৌগদবা থবক; মোক্ষধর্ম্মান্—অরান্-খুত্তম কংনবগী থবক; বিভাগশঃ—তাংথক থায়দুনা; স্ত্রীধর্ম্মান্—নুপীগী মথৌ; ভগবৎ-ধর্ম্মান্—হরি পেম্নবা ভক্তশিংগী থবক; সমাস-ব্যাস-যোগতঃ—শম্না অমসুং শন্দোক্না।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অদুদগী মহাক্না তাংথক নাইনা থায়দুনা দানধর্ম্মগী, রাজধর্ম্মগী, মোক্ষধর্ম্মগী, নুপীশিংগী ধর্ম্মগী, অদুগা হরি পেম্নবা ভক্তগী মথৌগী মরমদা শম্না অমসুং শন্দোক্না ব্যাখ্যা তৌখি।

### নৈনরোল

দান তৌবা হায়বসি গৃহস্থগী মরু-ওইবা থবক্নি; মহাক্না বানা তাঙবা শেলকমগী তংখাই অমদি দান তৌথোক্কবা শেম-শাগদবনি। ব্রহ্মচারীনা যজ্ঞ তৌগদবনি, গৃহস্থনা দান তৌগদবনি, বানপ্রস্থদা লৈবা নত্রগা সন্ন্যাস লৌরবা মীনা তপস্যা তৌগদবনি। মথৌরসি আত্মা-উপলব্ধিগী লম্বীদা আশ্রম লোইনমক্কী মীয়াম্না তৌগদবা থবক ওাক্তনি। জগৎসি সম্পত্তি ওইনা পরমেশ্বর ভগবান্গী মরম্নি হায়বদু খঙবা ওম্নবা ব্রহ্মচারীগী পুন্সি-মতাঙদা মীপুম খুদিংদা চপচানা তাকপি-গদবনি। মরমসিনা জগৎসিদা লৈরিবা করিগুম্বা পোৎকী মপুনি হায়না কনামতনা দাবি তৌবা য়াদে। গার্হস্থ্য আশ্রমসি নুপা-নুপী অনীগী পাদোঙনবগী লাইসেন্স মখল অমনি; আশ্রমসিদা লৈবা মীনা ভগবৎ-সেবাগীদমক দান তৌগদবনি। মীপুম খুদিংদা লৈবা শক্তিসে ভগবান্দগী তুঙলিবা শক্তিদুদগী শেল্ল পূবগুম পূবনি মরমদুনা, শক্তিসি শীজন্নরগা তৌবা থবকশিংদু ভগবান্দা সেবা তৌবগী মওংদা লোইনা কংথোক্কদবনি। সমুদ্রদগী নোং ওইনা পুথৎলবা ঈশীং তুরেল্লা লোয়ি অদুগা অমুক ঈশীংদু সমুদ্রদা চেংই; মতৌ অদুগুম্না মীওইবগী শক্তি ভগবান্গী শক্তি হায়বা মূলা শক্তিদুদগী পূবনি, অদুনা শক্তিদু অমুক ভগবান্দা হন্না চৎকদবনি। মদুনি ঐথোয়গী শক্তিনা মহৈ পুওয়ান্ য়ানবা হায়বদো। মরমসিনা ভগবান্না ভগবদ্গীতাদা (৯।২৭) হায়—ঐথোয়না তৌবা খুদিংমক, ঐথোয়গী তপ ওইবা খুদিংমক, যজ্ঞ খুদিংমক, ঐথোয়না চারিবা পোৎ খুদিংমক নত্রগা ঐথোয়না পীবা দান খুদিংমক ভগবান্ মঙোন্দা কংকদবনি। মদুনি ঐথোয়না ভগবান্দগী পুক্লবা শক্তি শীজন্নবগী মওঙদি। ঐথোয়গী শক্তিবু অদুম্না শীজন্নরবা মতমদা ঐথোয়গী শক্তিবু মায়ানা মোংহন্থদগী শেংদোকপা হায়বদু ওইরিবনি; মতৌ অদুম তৌরগা ভগবৎ-সেবাগী ওইবা হৌনশাগী পুন্সি লেন্বগী মতীক চাবা ওমগদোরিবনি ঐথোয়।

রাজধর্ম্ম অরাঙবা থাকী বিজ্ঞান অমনি, অদুবু রাজনৈতিক সার্ব্বভৌম ফংননবগী আধুনিক কূটনীতিদি নত্তে। নিংথৌশিংদা পুকচেল চাওননবা অদুগা কাঙ্গৎ লৌথৎপা ঙাক ওইদনবা নিয়ম নাইনা তম্বী। প্রজাগী য়াইফনবগীদমক্তা মথলমথাগী যজ্ঞ তৌবা নিংথৌশিংদা হৈনহল্লী। প্রজাশিংবু মুক্তিগী লম তান্না পুখৎপীবা হায়বসিনা নিংথৌ অমগী অচৌবা মথৌনি। অপোকপা মপা, দীক্ষাগুরু অদুগা নিংথৌনা জন্ম-মৃত্যু-জরা-রোগতগী প্রজাশিংবু অরাম-খুদম ফংহন্নবা লুচিংবিবগী মতাঙদা দায়িত্ব থাদোকপা য়াদে। মরু ওইবা মথৌশিংসি চপ চানা পাঙথোকপদা প্রজানা তৌজবা প্রজাগী শাসন হায়বদুগী রা কান্নদ্রে। হৌজিক কালসিদা প্রজা সাধারণনা শীনৃজরগা ফংলবা ভোটকী মত্তেঙনা লৈপাকী শাসন পায়নরি, অদুবু নিংথৌগী মরু ওইবা থবক করিনো হায়বদুদি মথোয়দা তাকপী-তম্বীদে, মীপুম তিংনা তম্বীবসু ওইথোকপা নত্তে। ফীভম মতাসিদা শাসন-গী মহৈ-মশিং ফংদবা শাসকশিংনা প্রজাশিংবু মায়কৈ গুনা মুংঙাইহন্নবা তৌবদা কাং-খোং চাইবগী পোৎদোধুম ওইদুনদা থোকই। অমরোমদনা, লৈবাক ঙাকপা তম্লকবা শাসকশিংনা মথংদদি মীফত্তবা হুরান-চীম্বিবা ওইথৎলকই অদুগা তোলহাইনবা শাসন অমা করিসু কান্নবা লৈতনা তৌননবা শেঙ্গুঙগীদমক থাজনা হেক্লৎলি। তশেংবদি মতীক চারবা ব্রাহ্মণশিংদি নিংথৌশিংনা লৈবাক নীঙথিনা ঙাকপা হৈননবগীদমক মনুসংহিতা অমদি পরাশরগী ধর্ম্মশাস্ত্রনচিংবা শাস্ত্রগী রা তাকপীনবা লৈবনি। ফিদম্নবা য়াবা নিংথৌদি প্রজা সাধারণ-গী ফিদম্নি; নিংথৌদুনা ধর্ম্ম চেনবা, লৈবাকী অরা-অনা খঙবা অমসুং পুকচেল চাউবা ওইরবদি নাগরিকশিংসু অয়াম্বনা মাগী খুদুং ইনগনি। অসিগুম্বা নিংথৌদি প্রজাগী মরল চারগা তন্দুনা লৈথোকপা অদুগা মশাগী ইন্দ্রিয় পেন্নবা থিবা মী নত্তে; তনবগী মহুত্তা হুরান-চীম্বি ডাকুনচিংববু হাংকদোবগী মীৎকুপ-নাছম কাংদনা শেম্নদুনা লৈ। ধর্ম্ম-চেনবা নিংথৌশিংদি ডাকু-হুবানবশিংগী মকমদা দয়ামায়াগী মীৎয়েং য়েংদে অর্থ লৈতবা অহিংসাগী নামাদা। হুবানবা-ডাকুশিংনা খুৎলিংদুনা ফত্তবা থবক তৌবা ঙমদনবা হায়দুনা মথোয়দা খুদম্নবা য়াবা অরাকম তাহল্লি। অসিগুম্বা হুরানবা ডাকুশিংসে হৌজিক কালদা মথোয়গুম্বনা শাসন পায়বগুম্না পায়নবা লৈবা নত্তে।

থাক্তনা লৌবগী আইনসু ইচম-চম্লম্মী। নম্ফু লৈরমদে, লম করায়্নরমদে। প্রজাগী চাথোক্কী শরুক মরি থোকপগী অমা লৌননবা নিংথৌগী হক লৈরম্মী। কনাগুম্বা অমদা পোৎথুঙ ওইনা পীবা লন্‌গী শরুক মরি থোকপগী অমা নিংথৌনা দাবী তৌবগী হক লৈরম্মী। নিংথৌনা মচু লৌবদা কনামতনা পাম্মুরমদে, মরমদি নিংথৌনগা ধার্ম্মিক ওইবনে অদুগা ধর্ম্মগী মরম মত তিন্নরম্বনে প্রকৃতিক সম্পত্তি হায়বদি চেঙ-হবাই, উঁহৈ, লৈরাং, মুগা, লংজম, শঙ্গোম, মণি-রত্ন, খোংদা-থোকপা পোৎচৈনচিংবা ওক্লবা থোক্লম্মী; মরমদুনা কনামতনা লম্ব ম রাৎপগী মুংঙাইতবা য়াওরমদে। লৌ-শীঙ উদুনা অদুগা শা-শল য়োক্লনা প্রজাশিংনা লল পায়রম্মী। মরমদুনা চেং-হবাই, উঁহৈ অমদি শঙ্গোম ওক্লবা লৈনরম্মী; কনামতনা সাবোন্নচিংবা অকে-পোৎ, সিনেমা অমদি য়ুরাংকম অমতসু থিরুবা তৌদে।

নিংথৌনা য়েংশলম্বা হায়ববু মীওইবগী থাক্লনা থম্বা শক্তিদু চপ চানা মওং চুম্না শীজন্নরিবরা হায়বসিনি। মীওইবগী শক্তিদি শারমচংকী ইন্দ্রিয় পেন্নবদা শীজন্নবা নত্তে, আত্মা উপলব্ধি তৌন-বগীদমক্তি। শাসন-পুবা পুন্নমক্তা পুন্নপ-পুন্না হায়রিবা রাকমসি ওইননবা লৈকম থোকপনি; মরমসিনা নিংথৌনা মাগী মন্ত্রী নীংথিনা ফজনা খন্দুনা হাপকদবনি, ভোটশীঙ য়েংদুনা খনগদবা নত্তে। মন্ত্রীশিং, সেনাপতি, করি হায়রনি অচম্বা সিপাহীশিং কাওবসু লোইনমক মশা মশাগী মতীক-মগুণ য়েংলগা খনগদবনি; অদুগা মথোয়বু মাগী মাগী ফমশিংদুদা হাপত্রিঙৈদা নিংথৌনা অমুক মথোয়বু চপ-চানা

য়েংশল্লম্মী। তপস্বীবু হায়বদি পারমার্থিক জ্ঞান শন্দোক্লবগীদমক লৈজবা পূম্বা থাদোক্লবা মীতাশিংসিবু করিগুম্বা মতমদা খোঁশাবীদবা তৌদনবা হায়হুনা নিংথৌনা তুমদা-হিপ্পা য়েংশল্লম্মী। পরমেশ্বর ভগবান্না মাগী শুদ্ধ-ভক্তশিংদা পীবা অপমানবু খাঙবা ঙমদে হায়বসি নিংথৌনা মুল্লা খঙলম্মী। অসিগুম্বা তপস্বীশিংদি হূরানবা-ডাকুশিংগীসু মখোয়না থাজবা লুচিংবা ওইরম্মী, মখোয়না তপস্বীশিংগী মন্নাথংবু খক হীক্তোক্লমদে। নিংথৌনা রাজ্যগী লাইরিক ময়েক চংতবা, গতি লৈজদ্রবা অদুগা লুপ্পাবী-শিংবু ঙাক-শেনবীগদবনি। য়েক্লবনা লাল্লারক্তি ঙৈদা লৈবাক কন্নবগী থৌরাং তৌরম্মী। থাজনা লৌবগী পথাপস্তু য়াম্না লায়রম্মী, খাজনা লৌবস্তু অরেম্বদা চাদিং তৌথোক্লবা নংলমদে, রাজ্যগী শেল্দুং অতু চেঙ্গংনবনি। পৃথিবীগী মকম পূম্নমক্তগী লাম্মী ওইগদবা মীতা লৌরম্মী অদুগা মাগী মাগী তোঙানবা থৌগাইগী ওইনা তাকপী-তম্বীরম্মী।

মুক্তি তানগে হায়রবদি কাম (অপাম্বা), ক্রোধ (অশাউবা), লোভ (মিহৌচাওবা), অবৈধ কামনা (আইন নিয়ম কায়না পাম্বা), অমদি ককঙাওনবা শাজৎপু খুত্থম চন্নবা হোৎনবা তাই। অশাউবদগী নাম্থোক্লবা মী অমনা ঙাকপীহৈবা গুণ চেনগদবনি। অবৈধ কামনাদগী নাম্থোক্লবা উপায়দি করিগুম্বা থবক তৌগে হায়না থৌরাং লাঙতোইদৌবনি। পারমার্থিক চর্চ্চা তৌরগদি ঐখোয়না তুন্নীঙববু (নিদ্রাবু) জয় তৌবা ঙমগনি। অখাঙ কনবনা (তিতিক্ষানা) কাম অমসুং লোভবু জয় তৌবা ঙমগনি। অনায়েক্তগী নাম্থোক্তে হায়রবদি নিয়ম নাইনা চাবা থকপা তৌবা তাই। আত্মসংযমদনা (পুক্লীংবু খুত্থম চনবদনা) ওইদবা আশাদগী লীথোকপা ঙমগনি অদুগা নত্তবা সত্ত্ব তিন্নরুত্রগা শেল তুঙশনবা ঙমগনি। যোগ সাধন তৌরগা অরাম-থৌরাঙববু খুত্থম চনশনবা ঙমগনি অমসুং তুংকোইবা পোৎ অমতা লৈত্রে হায়বসি নৈনরগা সংসারী ওইনিংবত্থ কোক্কনি। কোক-ঙাওবা ফবদি লেপ-খৎলগা ফবনি; ওইদবনা থনবা রাঙাঙ-যুক্তিবু অওইবা মশক খঙবদনা জয় তৌবা ঙমগনি। চীঙলেম্বনা তুমিন্না লৈবতনা রাঙাঙগনবা শাজৎ কোকপা য়াগনি। থৌনাতনা অকিবা কোক্কনি। মপুঙ ফাবা জ্ঞানদি আত্মা-চর্চ্চা তৌবদনা ফংগদবনি। মুক্তিগী লম্বী য়োংগে হায়রবদি অপাম্বা, অশাউবা, মিহৌবা, আশাগী মঙ-মঙবনচিংবদগী নাম্থোক্লবা হোৎনগদবনি।

মুপীশিংগী বা হায়রগদি, মখোয়গী মুপাশিংগী মথৌ শঙনবা শক্তিনি হায়না লৌনৈ। অসুম ওইবা মরম্না, মুপীশিংনা মুপাদগী হেন্না শক্তি চল্লি। শক্তিমান্ জুলিয়স সীজরবু ক্লীওপেট্রা অমতনা খুত্থম চনখি। অসিগুম্বা শক্তি চেনবী মুপীশিংদি ইকাই থীগল্লি। মরমসিনা ইকাই-থীবা হায়বসে মুপী মুজাশিংগীদি মমল য়াম্বা পোৎ অমনি। ইকাইথীবা মথুম অসি হেক হোংদোকপমক্তদা মুপী মুজাশিংনা অতোপ্পা মক্লম্বী থমত্থনা কাং খোং চাইবা খোক্কদৌরিবনি। মক্লম্বী থম্বা হায়বসে বর্ণসঙ্কর হায়নবা মীনা য়েংনীংদবা অঙাঙ পোকপনি; বর্ণসঙ্করশিংসিনা জগৎপু ওৎ নৈরিবনি।

ভীষ্মদেবনা ইকোন কোনবদা তাকপিরম্বা রাদি ভগবান্বু পেলহন্নবগী লম্বীনি। ঐখোয় লোইনমক ভগবান্গী নিত্য দাসনি; ঐখোয়গী মরুওইবা রাফমসিবু কাউবা মতমদা ঐখোয় মায়া লাংদা থুবদা তাবনি। ভগবান্বু (গৃহস্থশিংনা) পেলহনগে হায়বগী ইচম চম্বা লম্বীদি ভগবান্গী বিগ্রহ মূর্ত্তিবু য়ুমদা থিল্লগা থম্বা। বিগ্রহসিবু কেন্দ্র ওইনা থল্লগা স্তুতিগী তৌগদবা থবক ইনখাঙত্থ অদুম তৌত্থনা চথবা অসি গৃহস্থ অমনা তৌগদবনি। য়ুমগী ইষ্টদেবতাবু পূজা তৌবা, ভক্তবু সেবা তৌবা, শ্রীমদ্ভাগবত শ্রবণ তৌবা; তীর্থদা বাস তৌবা, ভগবান্গী পবিত্র নাম শোনবা হায়বা থবকশিংসি ভগবান্বু পেলহন্নবগীদমক শেল চঙদবা থবক ঙাক্কনি। মতৌ অদুম্না বিষয় অসি মবুধৌনা মশুশিংদা তাকপিখি।

### শ্লোক ২৮

**ধর্মার্থকামমোক্ষাংশ্চ সহোপায়ান্ যথা মুনে।**
**নানাখ্যানেতিহাসেষু বর্ণয়ামাস তত্ত্ববিৎ ॥২৮॥**

#### শব্দার্থ

ধর্ম—শিল্লম্; অর্থ—শেল-থুম; কাম—অপাম্বা থুংবা; মোক্ষান্—অরান খুভম; চ—অদুগা; সহ—লোয়ননা; উপায়ান্—পাম্বৈশিং; যথা—গুম্না; মুনে—হে মুনিদেব; নানা—মখল মখাগী; আখ্যান্—ঐতিহাসিক ওইবা ৱারী লীচুনা; ইতিহাসেষু—ইতিহাসশিংদা; বর্ণয়ামাস—লীরম্মী; তত্ত্ববিৎ—অচুম্বা খঙবা মহাত্মা (ভীষ্মনা)।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে শৌনিক মুনি, অদুদগী তত্ত্ব খঙবা ভীষ্মদেবনা শিল্লমগী বা, শেল-থুম চাউখৎনবগী বা, অপাম্বা থুংবগী বা, অদুগা অরান খুভম ফংবগী বা অদু পাম্বৈগা লোয়ননা অমসুং ইতিহাসদগী উদারণ ওইবা ৱারী পল্ল-পল্লগা লীরম্মী।

#### নৈনরোল

পুরাণশিংদা, মহাভারত অমসুং রামায়ণ মগাকাব্যনচিংবা বৈদিক সাহিত্যশিংদা য়াওবা থৌদোক-শিংসি থোকখিবা মতমগী মথং মনাও নাইনা ইবা নত্রবসু থায়না মমাঙথৈদা করি করিগুম্বা মতম অমদা থোকখিবা ঐতিহাসসিক থৌদোক ঙাক্তনি। অসিগুম্বা ইতিহাসগী ওইবা থৌদোকশিংসে মীচম খ্বাইগীদমক্তি পাওতাক্কীদমক ওইবা ঙাক্লিনা থোকখিবগী মতম পল্লাকপা তৌদনা থন্দোরকপা ঙাক্লি। অদুগীসু মথক্তা, মখোয়সে তোঙান তোঙানবা লোকশিংদদা থোকখিবা নত্তনা তোঙান তোঙানবা বিশ্বজগৎতসু থোকখিবা থৌদোক্লি, অদুনা ৱারী পুন্নমকী বর্ণনাসু মখোয়গী পাক চাউব্বা অরু অথেনগী মচাও য়েংহুনা মওং লেপ্পী। অসিগুম্বা থৌদোকশিংগী মথং মনাওদু ঐখোয়গী ঙমথৈ নাইবা ওইবা বুদ্ধিনা লেপ্পা ঙমত্রবসু ঐখোয়গা মরী লৈনরিবদি ৱারীশিংদুগী পাওতাক ওইবা শক্তক অদুদনি। অসিগুম্বা ৱারীশিংদু ভীষ্মদেবনা যুধিষ্ঠির মহারাজনা হংলম্বা ৱাহং ময়ামগী পাউথুম ওইনা লীরম্মী।

### শ্লোক ২৯

**ধর্মপ্রবদতস্তস্য স কালঃ প্রত্যুপস্থিতঃ।**
**যো যোগিনশ্ছন্দমৃত্যোর্বাঞ্ছিতস্তূত্তরায়ণঃ॥ ২৯ ॥**

#### শব্দার্থ

ধর্ম—শিল্লম; প্রবদতঃ—ৱারীরিঙৈদা; তস্য—মহাক্কী; সঃ—মদু; কালঃ—মতম; প্রত্যুপস্থিতঃ—থুংখি; যঃ—মদু; যোগিনঃ—যোগীশিংগী; ছন্দ-মৃত্যোঃ—নীঙঙকপা মতমদা শিবা মীগী; বাঞ্ছিতঃ—অপাম্বা; তু—অদুবু; উত্তরায়ণঃ—সুমীৎনা অৱাং পাংবা মতম।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ভীষ্মদেবনা ধর্মগী ৱা লীরিঙৈ মতমদা সুমীৎকী অৱাং পাংবা থোঙচৎ হায়বদি উত্তরায়ণ ম্লোরক্লে। শিনীঙবা মতমদা শিবা ঙম্বা যোগীশিংনা পামজবা মতম্নি উত্তরায়ণ অসি।

### নৈনরোল

সিদ্ধ যোগীশিংদি মখোয়গী প্রাকৃত দেহতু খুৎ-চাবা মতমদা থাদোকপা ওস্মী, অদুগা মখোয়না পামজবা খুৎ-চাগদবা লোক অমদা চৎপা ওস্মী। শ্রীমদ্ভগবদ্গীতাদা হায়রি—ব্রহ্ম-থওবা মীশিংনা মঙাল্লা লংলবা মৈ কৌবা দেবতানা লৈবা মতমদা, অয়ুক-মুংথিন্দা, শুক্লপক্ষদা মুমীৎ কৌবা দেবতানা অরাং-থংবা লম্বী চৎপা মতম থা তরুক্কী (উত্তরায়ণগী) মনুঙদা শিরগা ব্রহ্মবু ফংঙী। বেদদা মতমশিংলিবু দেহ থাদোকপগীদমক মঙ্গলগী মশক ওইবনি হায়না লৌথৎলী। সিদ্ধ যোগীশিংনা মতমগী খুদোংচাবসি লৌয়ি। যোগসিদ্ধি হায়বদি ইন্দ্রিয়গী ৱাংমদা লৈবা ফীভম ফংবা হায়বনি, মদুম তৌরবদি যোগীদুনা মাগী প্রাকৃত দেহতু থাদোক্লীংবা মতমদা থাদোকপা ওস্মী। যোগীনা প্রাকৃত যান অমতা শীজন্নদবমথৈ য়াম্না থুনা য়ৌনিঙবা লোক অমদা থুংবা ওস্মী। যোগীশিংনা ৱাংলেন্-ৱাংবা লোক অদু মতম খজিক্কী মনুঙদা থুংবা ওস্মী, মস্তুম তৌবাস স সারী অমগীদি ওইথোকপা নত্তে। পৃথিবীদা মাইল কোটি কোটিমুক চৎলবসু ৱাংলেন্-ৱাংবা লোক অদু য়ৌনবা হোৎনবদা চহী কোটি কয়ামুক চঙগনি। যোগ অসি তোঙান্বা বিজ্ঞান অমনি, অদুগা ভীষ্মদেবনা মসিবু করম্না শীজন্নগদগে হায়বদু ফজনা খঙথি। মাগী প্রাকৃত দেহ থাদোক্লবগী খুৎ-চাগদবা পুঙফম-ফ্কেণফমদু মহাক্না ঙাইদুনা লৈরম্বনি। অকবা তাঙ্গাদো মহাক্না পূকচেল চাউবা মশূ পাণ্ডবশিংদা প্যাউতাক পীরিঙৈদা থুংলখি। মতৌ অসুম ওইবনা, মহাক্না ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণ, ধার্ম্মিক পাণ্ডবশিং অদুগা ব্যাসনচিংবা মহর্ষিশিং, মখোয় মহাত্মাশিংসিগী মমাঙদা দেহ থাদোক্লবা শেম শারয়্রে।

### শ্লোক ৩০

**তদোপসংহৃত্য গিরঃ সহস্রণী-**
**র্বিমুক্তসঙ্গং মন আদিপুরুষে।**
**কৃষ্ণে লসৎপীতপটে চতুর্ভুজে**
**পুরঃ স্থিতেঽমীলিতদৃগ্ব্যধারয়ৎ॥ ৩০॥**

### শব্দার্থ

তদা—মতমদুদা; উপসংহৃত্য—লেপ্পুনা, গিরঃ—ঙাঙলম্বা ৱা; সহস্রনীঃ—কলা অমসুং বিজ্ঞান লীশীঙ লীশীঙ হৈরবা; বিমুক্তসঙ্গম্—পুম্নমক্কী সঙ্গদগী নাপ্পোক্লবা; মনঃ—পুক্নীং; আদি-পুরুষে—ইহান-হান্বা পুরুষ ভগবান্দা; কৃষ্ণে—শ্রীকৃষ্ণদা; লসৎ-পীত-পটে—সনা অহিংবা মচুগী ফীগেনা লৈতেং-লবা; চতুর্ভুজে—খুৎ-মরি-লোঙবা নারায়ণ-দা; পুরঃ—মাঙদা; স্থিতে—লৈরিব্না; অমীলিত—লেঙদ্রবা; দৃক্ মীয়েং; ব্যধারয়ৎ—তারম্মী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতমদুদা রথী লীশীঙবু ভাকশেনবা মহাবীর ভীষ্মনা ৱা-ঙাঙবা লেপ্পুনা মনাক্তা লেপ্লম্বা সনা-ফিগে থোন্না খুৎ-মরি-লোঙবা আদিপুরুষ শ্রীকৃষ্ণবু মীৎকৃপ্তবমথৈ য়েংনা য়েংনা জড়-সঙ্গ-লৈত্রবা মপুক্নীংদু শ্রীকৃষ্ণদা থীংজন্থি।

### নৈনরোল

মাগী প্রাকৃত দেহ থাদোক্লমদাইগী লুরবা পুঙকমদুদা ভীষ্মদেবনা মীওইবগী পুন্সিগী তৌগদবা থৌরমগা মরী লৈনবা অরঙবা খুদম অমা উৎলম্মী। শিরমদাই-য়োরবা মীগী মপুক্নীংবু চিংশল্লিবা

বিনয়থ্তু মাগী হয়েংমুক্কী থংনবা মপোক অত্তুগী অহৌবনি। মরমত্থুনা, কনাগুম্বনা পরমেশ্বর ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী রাখন্দা লুপ্পা ওমজরগদি মহাক ইশোয়-শোয়দনমক ভগবান্গী নাক্তা হন্গনি হায়বসিদা করিমতা চিংনিংঙাই লৈত্রে। রাফমসি ভগবদগীতাদা য়াওরিবনি (৮।৫-১৫):—

৫-শুবা শ্লোক— শিরমদাইদা কনাগুম্বনা ঐতবু নিঙশীং নিঙশীংনা মহাক্কী হুকচাঙত্থু থাদোক-লবদি থুদক অত্থুমক্তদা ঐগী ভাবপু ফংজৈ। মসিদা করিমতা চিংনিংঙাই লৈতে।

৬-শুবা শ্লোক— হুকচাঙ থাদোক্লমদাইদা কনাগুম্বনা নিঙশীং নিঙশীংবা মওংথ্তু শোয়দনমক মাগী ওইগনি।

৭-শুবা শ্লোক — মরমত্থুনা, হে অর্জ্জুন, নঙনা ঐবু কৃষ্ণগী রূপসিদা তৎতনা খন্গদবনি অত্থুগা লোয়ন-লোয়ননা শাস্ত্রনা তাকপা নথৌ লাল তৌবা হায়বত্থু তৌগদবনি। নঙনা তৌবা পুম্বা ঐঙোন্দা কৎথোক্লুনা অমস্তুং নপুক্তা নরৈশিংগস্তু ঐঙোন্দা থিংজন্দুনা লৈরবদি নঙনা ঐবু ফংগনি হায়বসিদা করিমতা চিংনিংঙাই লৈতে।

৮-শুবা শ্লোক— পরমেশ্বর ভগবান্বু ধ্যান তৌত্থুনা মপুক্নিঙনা ঐবু তত্তনা নিঙশীংলগা অত্থুগা মপুক্নিঙ লোঙভ্রগদি, হে পার্থ (অর্জ্জুন), মহাক ঐগী নাক য়ৌবা শোয়দ্রবনি।

৯-শুবা শ্লোক— ঐখোয়না ভগবানবু কবি (পুঙখঙ খঙবা) অমা ওইনা, ইরি-লিবা অমা ওইনা, চৈবাকহন্বা ওইনা, কুপ্লেন-কুপ্পনি (অণু) হায়না, পুম্নমক্কী য়োক-থাকপিবনি হায়না, জড়-ওইবা রাখনগী রাংমদা লৈবনি হায়না, রাখল্লা লাম্বা ফংদবনি হায়না, অত্থুগা পুরুষ অমা ওইনা মতম পুম্বদা ধ্যান তৌগদবনি। মাদি মুমীংকুম্না ঙানবনি অত্থুগা প্রাকৃত-নত্তবনিনা জড়-ভাবকী রাংমদা লৈবনি।

১০-শুবা শ্লোক— শিরমদাইগী মতমদা কনাগুম্বা মীনা মাগী প্রাণবায়ুবু (থরাই-মুংশীংপু) পীশূম অনীগী কারক্তা থম্লগা ভক্তি মপুঙগা লোয়ননা পরমপুরুষ ভগবান্বু নিঙশীংত্থুনা লৈরবদি লেপ্পমক দিব্য পুরুষ মহাকপু ফংগনি।

১১-শুবা শ্লোক— বেদ-হৈবা ওঁকার-শোনবা অমস্তুং অপাম্ব-থাদোক্লবা যতিশিংনা অক্ষর (মাঙবা-তাকপা-নাইদবা) ব্রহ্মদা চংঙী। অসিগুম্বা সিদ্ধি পাম্বশিংনা ব্রহ্মচর্য্য (মুপীগা উনদবা) ঙাক্লুনা চৎলী। অরান-খুভম ফংনবগী পাম্বৈ ওইবা সাধন অসিগী রা শম্পৎনা ঐ হায়থরক্কে।

১২-শুবা শ্লোক— যোগ শাস্ত্রবা হায়বসি ইন্দ্রিয় পুম্নমক্কী থবক তোকপা ফীভমত্থুবুনি। ইন্দ্রিয় পুম্নমক্কী থোঙশিংত্থু থিংলগা অমস্তুং থম্মোইদা পুক্নিঙ চপ-য়ুংনা থিংজিল্লগা অমস্তুং প্রাণবায়ুবু কোকতোন্দা থম্লগা যোগদা লৈবা হায়বত্থু ওইগদবনি।

১৩-শুবা শ্লোক— যোগ সাধনসি শাম্নত্থুনা অত্থুগা ওঁ হায়বা অক্ষরব্রহ্মসিমতং শোন্দুনা কনা-গুম্বা অমনা পরমেশ্বর ভগবানবু খল্লা খল্লা হুকচাঙসি থাদোক্লবদি মহাক শোয়দনমক অথোয়বা পম্মুং য়ৌগনি।

১৪-শুবা শ্লোক— হে পৃথাগী মচানুপা, পুক্নিঙ লোঙবা লৈতনা ঐবু মতম পুম্বদা চাং নাইনা নিঙশীংবা মীত্থুনা ঐবু লায়না ফংবা ঙম্মী, মরমদি মাদি ঐবু তত্তনা ভক্তি-সেবা তৌবদা লুপ্পুনা লৈ।

১৫-শুবা শ্লোক— ঐবু ফংলগা ভক্তযোগী মহাত্মাশিংত্থুনা অরাবগী মহুম ওইবা তুংকোইদবা জগৎসিদা অমুক হল্লা পোক্ক্রে, মরমদি মখোয়দি থম-থেংবা গতি (পম্মুং) অথোইবত্থু ফংলে।

শ্রীভীষ্মদেববদো মাগী হকচাঙবু থাদোক্লীংবা মতমদা থাদোক্লবগী সিদ্ধিহু ফংলম্লে অহুনা মাগী ধ্যান্-তৌনকম ওইবা ভগবান শ্রীকৃষ্ণ মশামকপু মাগী শিরমদাইদা মাঙদা উবা ফংজবগী লাইবক -ফবা হায়বহু ওইখি। মরমহুনা মাগী পাঙহুনা থম্বা মীৎ অনীহু কৃপ্তবমখৈ ভগবান্বু য়েংহুনা লৈজখি। শ্রীকৃষ্ণবু মুংশিজবদগী মতম শাংনা ভীষ্মনা কৃষ্ণবু উজনিঙলকপনি। মরমদি মহাক শুদ্ধভক্ত অমনি; মহাক যোগধর্ম্ম অকৃপ্পা থৌওংশিংহু তৌত্রবহু য়াম্নবা মীনি। ভক্তিযোগ ইচম-চম্না তৌবতনা সিদ্ধি ফংবা য়াবনি। মরমসিনা, ভীষ্মদেবনা থবাই-মঙা য়াওনা পামজরম্বদি মাগী খ্বাইদগী হেন্না মুংশিজবগী পোৎশক ওইবা শ্রীকৃষ্ণগী মূর্ত্তিহুমক উবনি। ভগবানগী কৃপানা শ্রীভীষ্মদেবনা সুযোগ অসি শিরমদাইদা ফংজখি।

শ্লোক ৩১

**বিশুদ্ধয়া ধারণয়া হতাশুভ-**
**স্তদীক্ষয়ৈবাশু গতায়ুধশ্রমঃ।**
**নিবৃত্তসর্ব্বেন্দ্রিয়বৃত্তিবিভ্রম**
**স্তুষ্টাব জন্যং বিসৃজঞ্জনার্দ্দনম্ ॥ ৩১ ॥**

শব্দার্থ

বিশুদ্ধয়া—পূক্লীং লোঙদবা, মক্তবা; ধারণয়া—ধাথম্না; হত-অশুভঃ—অমঙ্গল মখৈ মাঙথ্রবা; তৎ—মহাকপু (কৃষ্ণবু); ঈক্ষয়া—য়েংজহুনা; এব—অহুতনা; আশু—থুনমক, খুদক্তা; গত—চৎথ্রে, আয়ুধ—তেঙ্কৈনা; শ্রমঃ—চোকথবা; নিবৃত্ত—লেপল্লম্মী; সর্ব্ব—পুম্নমক; ইন্দ্রিয়া-বৃত্তি—ইন্দ্রিয়শিংগী থবক; বিভ্রমঃ—কোয়চৎ চৎলম্বহু; তুষ্টাব—মহাক্লা খুরুমহুনা পেলহল্লম্মী; জন্যম্—দেহবু; বিসৃজন্—থাদোক্লুনা; জনার্দ্দনম্—মী পুম্বগী অয়োক-লাই ভগবান্বু।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

পূক্লীং লোঙদবমখৈ থন্দুনা শ্রীকৃষ্ণবু য়েংজরগা খুদক্তা মাগী অমঙ্গল পুম্নমক কোকখি অমসুং তেন পান্বগী চৈনাখোন পুম্বদগী লাম্হোরকখি। মতৌ অম্সুম্না মাগী ইন্দ্রিয় পুম্বগী কোয়লাঙ-লাঙলম্বা থবক পুম্নমক লেপখরে; অহুগা মহাক্লা দেহ থাদোক-থাদোক্লা জীব পুম্নমকপু য়োকপিবা ভগবান্বু খুরুমহুনা পেল্হনখি।

নৈনরোল

প্রাকৃত দেহসি মায়া কৌবী প্রাকৃত শক্তিনা পীবা দান অমনি। ঐখোয়গী দেহবু আত্মানি হায়না লৌবদি ভগবান্গা ঐখোয়গা লৈনম্নিবা নিত্য সম্বন্ধহু কাউথোকপননি। ভীষ্মগুম্বা ভগবদ্ভক্তগীদমক্তি মায়াসি ভগবান্না হেক য়োম্নকপদা পুঙমাঙ মাঙখি। ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণসি মুমীৎ-কৃম্বনি, বহিরঙ্গা শক্তি মায়ানা অমম্বগুম্বনি। মুমীৎকী মমাঙদা অমম্বা লৈবা য়াদে। মরমহুনা ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনা হেক থুংলবগা মায়াগা শম্নরুবগী অমকপা পুম্নমক পুঙমাঙ মাঙখি; মতৌ অম্সুম্না ভীষ্মদেবগী মায়াগা শম্নবদগী মোৎলবা ইন্দ্রিয়শিংগী থবক লোইনমক লেপখ্রে অহুগা মহাক্লা দিব্য-ভাব-তা লৈরম্মী। অহান্বদদি আত্মাদি শুদ্ধ (মক্তবা) ওইবনি, মতৌ অহুম্না ইন্দ্রিয়শিংসু মোত্তবনি। প্রকৃতিগা শম্নবদগী ইন্দ্রিয়শিংনা মোৎপা মপুঙ ফাদবা হায়বহু ওইবনি। পরম-শুদ্ধ

ওইবা শ্রীকৃষ্ণগা লৈনবা সম্বন্ধতু অমূক হিংগৎহল্লবদা ইন্দ্রিয়শিংগীসু প্রকৃতিগা শম্নরুবদগী মোংপতু কোকই। ভীষ্মগী মাঙদা ভগবান্‌না লেপ্লীররবনিনা মাগী দেহ থাড্রিডৈগী মমাঙদা দিব্য ভাব পুম্বতু ওইখি। ভগবানদি পুম্নমকপু য়োকপা মপানি। ব্রাহ্মসি বেদশিংগী মত-নি। ভগবান্‌দি নিত্য ওইব-লক্তা অথোইবনি অদুগা চেতনশিংগী চেতন হায়বদুনি। মহাক মথন্তনা জীব মথল পুম্নমক্কী অচঙপোৎ পুম্নমক হুল্লিবনি। অদুনা মহাক্না মাগী মহান ভক্ত ভীষ্মগী দিব্য বাসনা পুম্নমক থুংননবা লম শেম্বিরম্মী। অদুগা ভীষ্মনা মথাগী অসুম্না প্রার্থনা তৌজখি।

## শ্লোক ৩২

**শ্রীভীষ্ম উবাচ**

**ইতি মতিরূপাকল্পিতা বিতৃষ্ণা ভগবতি সাত্বতপুঙ্গবে বিভূম্নি।**
**স্বসুখমুপগতে কচিদ্বিহর্তুং প্রকৃতিমুপেয়ুষি যদ্ভবপ্রবাহঃ। ৩২॥**

### শব্দার্থ

শ্রীভীষ্মঃ উবাচ—শ্রীভীষ্মদেবনা হায়; ইতি—অসুম্না; মতিঃ—খন্‌বা পাম্বনচিংবা পুক্নীংগী থবক; উপকল্পিতা—কৎথোক্লে; বিতৃষ্ণা—ইন্দ্রিয়গী অপাম্বা লৈত্রবা; ভগবতি—ভগবান্দা; সাত্বত পুঙ্গবে—ভক্তশিংগী (যাদবশিং) লুচিংবদা; বিভূম্নি—চাউরেন-চাউবা মঙোন্দা; স্বসুখম্—মশাগী মুংঙাইবা; উপগতে—ফংলবা মঙোন্দা; কচিৎ—করিগুম্বা মতমদা; বিহর্তুম্—শান্নবগীদমক (বিহার তৌনবগীদমক); প্রকৃতিম্—যোগমায়াবু; উপেয়ুষি—লৌয়্নি; যৎ—মঙোন্দগী; ভবপ্রবাহঃ—সৃষ্টি মথঙ মথঙ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ভীষ্মদেবনা হায়খি—বিষয় মথল মথাদা অদুগা শিল্লম কয়াদা শীজন্নরুবা ঐগী মতিসি (বাখল, অপাম্বনচিংবা পুক্নীংগী থবক) বিভু শ্রীকৃষ্ণদা কৎথোকচরগে। মহাক্তি মথন্ত-পেনজ-ঙম্বনি, অদুবু করিগুম্বা মতমদা ভক্তশিংগী লুচিংবা ওইদুনা মহাক প্রাকৃত জগত্তা কুম্লগা চিন্ময় সুখ ভোগ তৌয়্নি; তৌবগীবুদি প্রাকৃত জগৎসি মঙোন্দগী থোকখিবনি।

### নৈনরোল

ভীষ্মদেবতু রাজনীতিবিৎ অমনি, কুরুবংশগী লুচিং-কোক্নি, অচৌবা সেনাপতিনি, ক্ষত্রিয়লক্তা অথোইবনি, মরমদুনা মপুক্নীংতু বিষয় ময়ামদা ইচাই-চাইরম্মী, অদুনা বাখল-খনবা, অপাম-পামদ-নচিংবা পুক্নীং-থম্মোইগী থবক পুম্নমক মথল মথাগী বিষয়দা শীজন্নরম্মী। হৌজিক লেঙদবা ভক্তি হায়বতু ফংনবা হায়দুনা মহাক্কী মতি পুম্নমক ভগবান্দা কৎথোক্লীংলম্মী। ভগবান্‌বু মযমসিদা ভক্তশিংগী লুকোক (সাত্বতপুঙ্গব) হায়না পল্লি। ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণ মশামক আদিপুরুষ পরমেশ্বর ভগবান্ ওইরবসু মহাক্কী শুদ্ধ-ভক্তশিংদা ভক্তি-সেবা ফংহনগে হায়দুনা মালেম-পৃথিবীসিদা নোংঙম্মী। মহাক মতম অমদা শ্রীকৃষ্ণ অদুম্মক ওইনা কুম্মী, করিগুম্বা মতমদা ভগবান্ চৈতন্য ওইনা নোংগুম্মী। অনীমক সাত্বত পুঙ্গব (ভক্তবু লুচিংবিবা) ঙাক্তনি। ভগবানগী শুদ্ধ ভক্তদি ভগবৎ-সেবা নত্তনা অতৈ অমা পামদে মরমদুনা মখোয়বু 'সাত্বত' কৌরিবনি। ভগবানদি অসিগুম্বা সাত্বতশিংগী মকোক্নি, মরমদুনা ভীষ্মদেবগীসু অপাম্বা অতৈমা লৈরমদে। সংসারগী অপাম্বা কোক্তুবা মীডাগী লুচিংবদি ভগবান্‌না থক ওইবিদে। অপাম্বদি মুথৎপা য়াদে, অদুবু অপাম্ববু শুদ্ধ হায়বদি অফবা

ওইহনগদবনি। ভগবান্গী সেবা তত্তনা তৌরিবা শুদ্ধ ভক্তগী থম্মোয়মুংদগী ভগবান্না শিক্ষা পীবি হায়বসি ভগবদ্গীতাদা ভগবান্ মশামক্না হায়রিবনি। অসিগুম্বা শিক্ষাদি ভগবান্গী নাক্তা হন্না চৎনবগীদমক পীবনি অতৈ মরম অমগী নত্তে (ভগবদ্গীতা ১০।১০)। প্রকৃতিবু থুতুম চনগে হায়রিবা মীচমগীদমক্তি মানা তৌরিবা থবকশিংতু ভগবান্না অত্তুম ময়াবীবগা সাক্ষী ওইনা য়েংত্নুনা অত্তুম লৈবীবতা নত্তনা অতৈ করিসু তৌদে হায়বদি ভগবান্না অত্তুগুম্বা মীতাদা ভগবান্গী নাক্তা হন্না চৎননবগী মরমদা শিক্ষা অমতা পীদে। ভক্তগা ভক্ত নত্তবা মীগদা ভগবান্না চৎপা ব্যবহারগী খেন্নবা হায়বত্নু অত্নুনি। রাজ্য অমগী নিংথৌনা কৈশুমশঙদা অরায়ম তারিবা মীবুসু মনীঙ তম্না লৈজরিবা নাগরিকশিংবু শাসন তৌবগুম্না ভগবান্না জীব পুম্নমক্কী মপুনি। অত্নুবু মহাক্না মখোয়গী মফমদা য়েংবা মীৎয়েংদি ভক্তদা য়েংবগা ভক্ত নত্তবদা য়েংবগা অনীত্নু তোঙাল্লী। ভক্ত নত্তবশিংসু ভগবানদগী পাওতাক পাওমেন লৌননবগীদমক কদৌঙৈদসু থৌশাদে। মরমত্নুনা মখোয়গী মতাঙদদি ভগবান্না তুমিন্না লৈথোকই, তৌবগীবুদি মহাক্না মখোয়না তৌরিবা থবক পুম্নমক্ক উই অত্নুগা মখোয়দা মখোয়গী ফংফম থোকপা তৌজমল অফবরা ফত্তবরা অমা ফংহল্লি। ভক্তশিংদি সংসারগী ওইবা অফবা ফত্তবা হায়বসিগী রাংমদা লৈ। মখোয়দি পরমার্থগী অকারমদা অসুম অসুম চংশল্লকই, মরমত্নুনা মখোয়না সংসার বিষয়াগী ওইবা পোৎ অমতা পামদে। ভক্তনা শ্রীকৃষ্ণবু মূল নারায়ণ অত্নুনি হায়না খঙজী, মরমদি শ্রীকৃষ্ণনা মহাক্কী অংশ পুরুষ অবতার কারণোদকশায়ী বিষ্ণু ওইনা অবতার তৌবনি। ভগবান্নসু মাগী শুদ্ধ ভক্তশিংগা সঙ্গ তৌবা পাম্মী, অত্নুনা মখোয়গী-দমক্তা ভগবান্না পৃথিবীদা নো শুম্মী অত্নুগা মখোয়বু থৌগৎপী। ভগবান্না নোংগুম্বদি মানা কুম-নীংলগনি। প্রাকৃত ওইবা করিগুম্বা অবস্থা অমতনা মহাকপু নমহৎপা ঙমদে। মরমত্নুনা মহাকপু মফমসিদা 'বিভু' হায়বদি 'তৌ-ঙম্বা' হায়রিবনি, মরমদি প্রকৃতিগী নিয়মনা মঙোন্দা চঙবা ঙমদে।

শ্লোক ৩৩

**ত্রিভুবনকমনং তমালবর্ণং রবিকরগৌরবরাম্বরং দধানে।**
**বপুরলককুলাবৃতাননাব্জং বিজয়সখে রতিরস্তু মেঽনবদ্যা ॥ ৩৩ ॥**

শব্দার্থ

ত্রিভুবন—মরোল অহুম্না, লোক অহুম্না; কমনম্—পায়রবা; তমালবর্ণম্—তমাল পাম্বীগুম্না মুরৈনবা; রবি-কর—নুমিৎকী মঙাল; গৌর—ঙৌবা, সনা অহিংবা মচুগী; অম্বরম্—ফিজোল; দধানে—থোল্লিবা মঙোন্দা; বপুঃ—হকচাঙ; অলক-কুল-আবৃত—লুমাঙগী শমখোইনা কুপ্লবা; আনন-অব্জম—মায়থোঙ-থম্বাল; বিজয়সখে—অর্জুনগী মতাওদা; রতিঃ—মুংঙাইবা, পুক্নীং লুপ্না; অস্তু ওইসনু; মে—ঐগী; অনবদ্যা—ওইজবনা মক্তবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণ অর্জুনগী চান্নরবা মতাওনি। মহাক মহাক্কী চিন্ময় দেহদা মালেমথক্তা কুমথরকপনি। মহাক্কী দেহত্নু তমাল পাম্বীগী মচুগুম মুরৈনৈ। মশক অত্নুনা মরোল অহুম্নু শুমহৎলি। মাগী সনা অহিংবা মচুগী ফিগেত্নুদা অমসুং (লুমাঙগী খোই-খোইবা শম্নাংনা কুপ্লিবা নত্রগা) চন্দন ফজনা থিল্লিবা মায়থোঙ থম্বালদা ঐগী পুক্নীংগী মুংঙাইফম ওইসনু অত্নুগা ওইজবা অমতা থীদবা মী হায়বদো ঐ ওইসনু।

## নৈনরোল

শ্রীকৃষ্ণনা মরম্লাই মুংঙাইবগীদমক মালেমদা কূমকপা মতমদা মাগী অন্তরঙ্গা শক্তি যোগমায়াগী মতেঙ লৌরগা নোংগুম্নকয়ি। মাগী চিন্ময় বিগ্রহগী ফজবা শক্তম্না স্বর্গ-মর্ত্ত্য-পাতাল মরোল অহুম্বু শুমহৎলী। বিশ্বতাইবঙসিদা শ্রীকৃষ্ণগী শক্তম্বা অমত্তা লৈতে। মরমসিনা মহাক্কী চিন্ময় দেহগা প্রাকৃত-সৃষ্টিগা মরী অমত্তা লৈনদে। অর্জ্জুন-বু মফমসিদা বিজয় ( লানঙম্বা ) হায়না অহুগা শ্রীকৃষ্ণবুনা মহাক্কী চায়বা মতাওনি হায়না বর্ণনা তৌরি। কুরুক্ষেত্রগী লাল লোইরগা শর-শয্যাদা চেপ্নম্বা ভীষ্মদেবনা অর্জ্জুনগী সারথি ওইনা কৃষ্ণনা থোল্লম্বা বেশ অহু নিঙশীংলম্মী। অর্জ্জুনগা ভীষ্মগা লাম্ন্থেংনরিঙৈদা শ্রীকৃষ্ণগী লংলবা বেশনা ভীষ্মগী পুক্নীং চিংশনখি, অহুগা ভগবান্বু মরূপ ওইনা ফংজবগীদমক মাগী য়েক্লবা অর্জ্জুনবু ভীষ্মনা মপুক্লিঙদা থাগৎলম্মী। শ্রীকৃষ্ণনা মাগী মরূপ ওইবা মরম্না অর্জ্জুন মতম পুম্নদা বিজয় (লানঙম্বা মী) ওইরম্মী। অহুনা ভীষ্মনা তাঞ্জা মতাংঙসিদা শ্রীকৃষ্ণবু 'বিজয়সখে' (লানঙম্বা অর্জ্জুনগী মরূপ) হায়না কৌরি; মরমদি শ্রীকৃষ্ণনা প্রেম-রস মথন-মথন্দা মাগা মরী লৈনরম্বা মাগী ভক্তশিংগী মিংগা ইরোয়নবা মিংগৌ কৌরবদি কৃষ্ণনা হরাওজে পেন্জে। কৃষ্ণনা অর্জ্জুনগী সারথি ওইরম্বা মতমদা মুমীৎমঙাম্না ভগবান্গী ফিগে-থক্তা লংত্রিক্লনা তারম্মী; মুমীৎকী মঙাম্না য়েরকপদা ফজরম্বা মচুদো ভীষ্মদেবনা শুক্লাউ কাউরমদে। অচৌবা লাল্লোয় অমা ওইনা ভীষ্মনা বীর-রসদা শ্রীকৃষ্ণগা লৈনবা সম্বন্ধহুগী মহাও চুপ্লম্মী। মথল-মথেলগী রস-লক্তগী রস অমদা ভগবান্গা লৈনবা পারমার্থিক সম্বন্ধহু রস-রসহুগী ভক্তশিংনা অয়ৌবী আনন্দদা আস্বাদন তৌনঙাই ওই। বুদ্ধি-বাৎপা মর্ত্ত্যগী মীনা ভগবান্গা মথোয়গা পরমার্থগী মায়কৈদগী মরী লৈনৈ হায়বসি উৎনিঙবনা ব্রজরমণীশিংগী মতৌ তমহুনা মধুর-রসগী সম্বন্ধদা চোংশন্নবা হায়হুনা অওইশাহুনা হোৎনৈ। অসিগুম্বা মমল-হোঙবা সম্বন্ধনা মর্ত্ত্যবাসীহুগী তুক্তচনঙাই ওইবা পুকচেল অহুতা উৎলী, মরমদি ভগবান্গা লোয়নননা মধুর রস চুপ্লীবা মীহুদি মীবয়েনগী শৃঙ্গার রসহু পামদবা জাৎনি; মীরয়েনগী ওইবা শৃঙ্গার রসহুবু মীরয়েনগী নীতিধর্মগী মান য়েংলগসু চন্নদবা রস অমা ওইনা তাথিনরিবনি। ভগবান্গা তশেংনা লৈনরিবা সম্বন্ধদি মুখ্য রস মঙাগী মনুঙদা অমা হেক্তা ওইবা ওম্মী, সম্বন্ধহু শুদ্ধভক্তগী মফমদদি পরমার্থগী চাংদাদা খেন্নবা অমত্তা লৈতে। ভীষ্মদেবসি মহুগী শক্লাইবা খুঁদম্নি; অচৌবা সেনাপতিসিনা ভগবান্গা পারমার্থিক সম্বন্ধ করম্না লৈরম্বগে হায়বহু চেকশন্না য়েংশনবা চুম্মী।

## শ্লোক ৩৪

যুধি তুরগরজোবিধূম্রবিষক্-
কচলুলিতশ্রমবার্য্যলঙ্কৃতাস্যে।
মম নিশিতশরৈর্বিভিদ্যমান-
ত্বচি বিলসৎকবচেঽস্তু কৃষ্ণ আত্মা॥ ৩৪॥

## শব্দার্থ

যুধি লান্দা; তুরগ—শগোল; রজঃ—উৎকুপ; বিধূম্র—মৈৎথুগী মচু ওইরবা; বিষক্—লেঙ-লেঙ-চৎপা; কচ—শম; লুলিতা—চাইথোক্লবা; শ্রমবারি—হুমাং; অলঙ্কৃতা—লৈতেংলবা; আস্যে—মায়থোঙদা; মম—ঐগী; নিশিত—অথৌবা; শরৈঃ—তেন্জৈশিংনা; বিভিদ্যমান—কাওরেং লেংলবা; ত্বচি—উন্শাদা; বিলসৎ—মুংঙাইনা; কবচে-কবচদা; অস্তু—লৈশনু; কৃষ্ণে—শ্রীকৃষ্ণদা; আত্মা—পুক্নীং।

মৈত্তৈলোন্দা ছন্দোকপা

(শ্রীকৃষ্ণনা সখ্যভাবনা চিংখিবনা অর্জুনবু থৌগল্লম্বা) ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী রাই-রাই চোম্বরম্বা শল্লাঙতু শগোল-লোঙথুম্মা কাওখৎলকপা উৎফুম্মা মরম ওইবদগী উৎ মচুগী মশক ওইখি। সারথিগী থবক তৌবদা থোক্লম্বা হুমাং মরীক মর়ীকশিংতুনা মায়থোঙ পুমচোৎ-চোৎলম্মী। লৈতেং পুম্নমকপি ঐগী তেনজৈনা পান্দুনা ফজবা হেঙ্গৎলকপতুদা শ্রীকৃষ্ণনা মুংঙাইজখি। ঐগী পুক্নীংসে কৃষ্ণদা চঙবা ওইসনু।

নৈনরোল

ভগবান্দি সৎ-চিৎ-আনন্দগী অদ্বয়তত্ত্ব বিগ্রহনি। অম্নম ওইবা মরম্মা, দাস শান্ত, সখ্য, বাৎসল্য অমদি মাধুর্য্য কৌবা মুখ্য সম্বন্ধ মঙাগী অমদা চঙতুনা ভগবান্দা তশেংনা মুংশিবদগী কৎপা সেবাতু ভগবান্না থোজান্‌বিতুনা তরাম তরাম লৌশন্‌বী। ভীষ্মদেবতু ভগবান্‌গা দাস্যভাব-তা মরী লৈনবা অচৌবা ভক্ত অমনি। মরমসিনা ভগবান্‌গী চিন্ময় দেহদা থৌরবা তেঞ্জৈনা থৌগল তৌরম্মতু অতোপ্পা ভক্ত অমনা মথক্তা মেঙলবা লৈ-গোলাপ চাইথরম্বগুম্নম্মী।

ভগবান্‌গী শ্রীঅঙ্গদা তৌখিবা থবক অতু করিনুংগী তৌরুরিবনো হায়না ভীষ্মগী থম্মোই চাকপা মানখি। থাজৈ হেক শেংবদি ভগবান্‌গী অঙ্গদা চৈনা অমতম্মু ফাওরমদে, মরমদি মাগী দেহদি চিন্ময়নি। মাগী দেহ পঞ্চভূতকী নত্তে। মহাক মশামক্কে অতুগা মাগী দেহনে চিন্ময় ওইবনা অমতনি। চিদাত্মাদি থুৎলাইনা চঙদে, মৈনা চাক্তে, মুংশীৎনা কংহন্দে, ঈশীংনম্মু চোৎহন্‌বা ঙমদে। রাফমসি ভগবদগীতাদা তরং তবংনা ব্যাখ্যা তৌতুনা তাক্লিবনি। মসি স্কন্দ পুরাণ-দসু য়াওয়ি। মতুদা য়াওবিবদি—আত্মাদি মতম পুম্নমক্তা মোৎহনবা ঙমদে অতুগা মাঙহন্‌বা ঙমদে হায়বসিনি। মাবু অরাবদা তাহন্‌বা ঙমদে অতুগা কংহন্-থুইহন্‌বসু য়াসে। ভগবান্ বিষ্ণুনা অবতার তৌরক্লনা ঐখোয়গী মাঙদা থোরকপা মতমদা মহাক মায়াবদ্ধ জীবশিংগুম্বা অমা মাল্লী, জীবগুম্মা থবক তৌতুনা মগাক্লা পোকপদগী হৌরতুনা মহাকপু হাৎকদৌবগী মতম পুম্বদা শেম শাতুনদা লৈরম্বা অসুরশিংবু নত্রগা নাস্তিকশিংবু শুমহৎনবগীদমক্তা মায়াবদ্ধ জীবগী মতৌ ওইনা উহন্‌খিবনি। কংসনা কৃষ্ণবু হাৎনিঙখি অতুগা রাবণনা রামবু হাৎনিঙখি মরমদি আত্মাবু হাৎপা য়াদবনা ভগবান্‌বু কদৌঙৈদসু হাৎপা ঙমদে হায়বসি মখোয়না পঙবদগী খঙখিদবননি।

মরমসিনা ভক্ত-নত্তবা নাস্তিকশিংগী মফমদদি ভীষ্মদেবনা কৃষ্ণগী দেহদা তেঞ্জৈ পালহনবতু বিভুলা চুনঙাই রাফম অমা ওইখি, অতুগা ভক্ত নত্রগা মুক্তাত্মাশিংগী মফমদদি বিভুলা চুনঙাই বা নৎলমদে।

ভগবান্দি চান্‌বিহৈবনি হায়বতু ভীষ্মদেবদি খঙঙৌ মরমদি মহাক ভীষ্মগী তেঞ্জৈনা পান্দুনা ওৎলম্নবসু মহাক্লা অর্জুনবু মথম্তা লংশেকপিখিদে, অতুগা লানফমদা মাবু অদুক থীনা তৌরবা ফাওবদা মৃত্যু-শয্যাদা হীপলম্বা ভীষ্মদেবগী মনাঙদা মহাক লাক্লীংদবসু তৌখিদে। মতাংসিদা ভীষ্মগী অনুতাপ অতুগা ভগবান্‌গী চান্‌বীহৈবা মতৌ অনীতু ঙকুঙাই অমনি।

অসিগী মতাঙদা মহান্ আচার্য্য ওইরিবা অতুগা ভগবান্‌গী মধুর রসগী ভক্ত অমতু ওইবা শ্রীলবিশ্বনাথ চক্রবর্ত্তীনা বিশেষ ওইবা মন্তব্য অমা তৌয়ি। ভগবান্‌গী দেহদা তেঞ্জৈগী চৈনা ভীষ্মদেবনা পীরম্বতু ভগবান্‌গী মফমদা কয়ামুক মুংঙাইরবগে হায়রবু সন্তোষ ফংনীংবনা প্রোক প্রোক চাক্লবী কৃষ্ণপ্রেয়সী অমনা কৃষ্ণগী অঙ্গদা চীক্‌পগুম্নম্মী হায়বসি চক্রবর্ত্তীনা হায়।

নুংশিনবা নুংশিনবী অনীনা মখোয় মশেল চীক্লহনা হকচাঙদা য়াথুন লৈরব-ক্লাওবদা য়েংথিনবগী মবম ওইদে। মরমহনা লাম্নেংনবহ ভগবান্‌গা মাগী শুদ্ধ ভক্ত ভীষ্মদেবগা অনীগী মরক্তা পারমার্থিক আনন্দ অমা পীনরম্বা ওইনা মীরয়েনবগী ওইবা থবক নংথিদে। অহুগীসু অহু ওইরে, ভগবানগী দেহনে ভগবান্‌নে পোৎ অমত্তা ওইবনিনা অদ্বয় তত্বগী দেহদা তেনখুন লৈবা হোনদে হায়বদি ওইথোক্লবনি। থৌরবা তেনজৈনা পানবগী ভেনখুন লৈবা মানবহনা মীচমগী রাখল শেরান্নহল্লম্বা য়াই, তত্ববিৎ ওইবা মীতানদি পারমার্থিক ওইবা বীররস চুপ্পবদো খঙবা ঙমগনি। ভীষ্মদেবগী তৌঙ্গেনা পান্দুনা শোকপহ ভগবান্দদি অয়ৌবী নুংঙাইবা ফংথি। 'বিভিদ্যমান্‌' হায়বা শব্দসি মরু ওইবা শব্দ অমনি, মরমদি ভগবান্‌গী উনশাগা ভগবান্‌গা থেন্নরমদে। ঐখোয়গী উনশাদি ঐখোয়গী আত্মাগা থেন্নবা মরম্না 'বিভিদ্যমান' হায়বদি (তৌঙ্গেনা) শোকপা হায়বা রাহৈসি খুৎ চারমগদৌবনি। পারমার্থিক আনন্দগী মথল মথেল য়াম্মী। মায়িক জগত্তা তৌরিবা থবকশিংসি পারমার্থিক আনন্দগী শেংফাৎনরবা মমিনি। মরমদি মায়িক জগৎকী পোৎলম খুদিংমক মগুণগী মায়কৈদগী য়েংলগদি মাযাগী ঙাক্তনি, য়ুঙাওবগী থৌদৌ ঙাক্তনি; অহুগা অদ্বয় জগত্তদি পোৎলম খুদিংমক অদ্বয়তত্বগী মওং ঙাক্তগী ওইবনা য়ুঙাওবগী থৌদৌ মান্দবা আনন্দগী মথেল ঙাক্তনি। ভগবান্‌না মাগী মহৎ ভক্ত ভীষ্মদেবনা থোকহনবা তেনখুন্‌শিংহ ফংবদা নুংঙাইজখি; অহুগা ভীষ্মদেবদি বীব-রসগী ভক্তনিনা তেনবাল্লবা ফীভমদা লৈরম্বা বৃষ্ণদা মপুক্লীং চপ য়ুংনা থিংজনখি।

## শ্লোক ৩৫

**সপদি সখিবচো নিশম্য মধ্যে নিজপরয়োর্বলয়ো রথং নিবেশ্য।**
**স্থিতবতি পরসৈনিকায়ুরক্ষ্ণা হৃতবতি পার্থসখে রতির্মমাস্তু ॥ ৩৫॥**

### শব্দার্থ

সপদি—লানফমদা; সখিবচঃ—মরূপ (অর্জুন) মাগী রাহৈ; নিশম্য—মনাকোঙনা তাবগা; মধ্যে—ময়ায়দা; নিজ—মশামক্কী; পরয়োঃ— অতোপ্পা মায়কৈগী; বলয়ো—লাম্মীগী; রথম্‌—দোলাই; নিবেশ্য—চঙহল্লগা, থম্লগা, স্থিতবতি—লৈরগা; পরসৈনিক—য়েক্লবা মায়বৈগী লাম্মীগী; আয়ুঃ—পুন্সি-নুংশাং; অক্ষ্ণা—মীৎয়েংনা, হৃতবতি—হুরান্দুনা লৌথোক্লিবা; পার্থ— পৃথাগী (কুন্তীগী) মচানুপা অর্জুনগী; সখে—মরূপ্তা, রতি—নুংশিবা পেঙ্গবা; মম—ঐগী; অস্তু—ওইসনু।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ভগবান্‌ শ্রীকৃষ্ণনা মাগী মরূপকী রা মতুঙ ইন্না কুরুক্ষেত্রগী লানফমদা অর্জুন অমসুং দুর্যোধনগী লাম্মী মপৈ অনীগী মরক্তা রথ পুশন্দুনা থনম্মী, অহুগা মফমহুদা লৈরিঙৈদা মাগী লেপ্লবা মীৎয়েংনা য়েক্লবা মায়কৈগী লাম্মীশিংগী পুন্সি নুংশাংহ লৌথোক্লম্মী হায়বদি তেনশনহল্লম্মী। বৃষ্ণ অহুদা ঐগী পুক্লীং চঙজবা ওইসনু।

### নৈনরোল

লাম্মী তেঙ্গোল অনীগী মরক্তা মহাক্কী রথহ থম্বিয়ু হায়না অর্জুন-না শ্রীকৃষ্ণদা য়াথং তাওথখি হাযবা রাকমসি ভগবদ্গীতাদা য়াওরি (১।২১-২৫)। মহাক্লা লান্দা থেংনগদবা য়েক্লবশিংহ য়েংবা লোয়ব্রিফাওবা মফমহুদা অহুম লৈথিয়ু হায়না শ্রীকৃষ্ণদা হায়রম্মী। ভগবানহু মহাক্লা হায়বহুমক য়াথং ইনবা অমগুম্না ইল্লম্মী। ভগবান্না য়েক্লবা মায়কৈগী মরু ওইবা মীতাশিংহ খুদোনবীনা থিন-

থিন্দুনা 'মসিনা ভীষ্মনি, 'মসিনা দ্রোণনি, হায়রবনচিংবা হায়-হায়হনা তাকল্লী। ভগবান্দি পরমাত্মা পরমেশ্বরনিনা কনামগী য়াথং ইনবা নত্তে, য়াথং পীবা অহুনা অমৱূ ওইরবসু অমৱূ ওইরবসু। অহুবু ওইজ-থিদবা থোজাল্লা অহুগা মাগী শুদ্ধ ভক্তবু সুংশিবদগী করিগুম্বা মতমদা মাগী ভক্তহুগী থৌগল্লাইগুম্না ময়াথংহু পাঙথোকই। ভক্তগী য়াথং পাঙথোল্লগা ভগবাল্লা কনাগুম্বা অঙাংগী মপানা মচাগী য়াথং পাঙথোকপদা হরাওবগুম হরাওরম্মী। মসি ওইথোক্লিবদি ভগবান্গা ভক্তগী অনীগী মরক্তা নৈবা প্রাকৃত নত্তবা প্রেমতনা য়াবনি। মসি ভীষ্মদেবসু চপচানা খঙলম্মী। মরমহুনা মহাক্না কৃষ্ণবু অর্জুনগী মরূপ হায়না সম্বোধন তৌরম্বনি।

ভগবান্সু মাগী থোজান মীৎয়েংনা য়েক্লবা মায়কৈগী পুন্সী মুংশাং ময়েং তাহল্লম্মী। কুরুক্ষেত্র লানকমদা তিল্লম্বা লাম্নী পুম্নমক শিরমদাইদা শ্রীকৃষ্ণবু মমিৎমক্তা উবা ফংজবনা মুক্তি ফংখি হায়না হায়নৈ। ভগবান্না অর্জুনগী য়েক্লবশিংগী আয়ু ময়েং তাহনখিবহুবু অর্জুনগী মীচঙ চঙবগী রানি হায়বা য়াদে। অওইবমক্তি ভগবানদো য়েক্লবগী মায়কৈবু কৃপা তৌরম্বনি, মরমদি মী খ্বায়না শিবগুম ময়ুমদা শিরম্লবদি মথোয় মুক্তি ফংলয়োইদবনি। লানকমসিদদি শিরমদাইদা ভগবান্বু উজবা ফংবগী তাঞ্জা লাকখিবনা প্রাকৃত জীবন-দগী মুক্তি ফংখি। মরমহুনা ভগবানদি মঙ্গলময়ীনি অহুগা মহাক্না তৌবা থবক খুদিংমক জীব পুম্নমক্কী মঙ্গল ওইনবনি। পান্দা য়েংলগদি মাগী সখা অর্জুনগী জয় ওইবগী মানবা, অহুগা অওইবমক্তি মহু অর্জুনগী য়েক্লবশিংগী ফননবগীদমক্নি। ভগবান্গী লীলা-শিংদি অসিগুম্বা দিব্য-লীলা ঙাক্তনি অহুগা মসিবু খঙবা মীসু শিরগা মুক্তি ফংজৈ। ভগবান্দি করিগুম্বা ফীভমদসু অরানবা অমতা তৌদে মরমদি মহাক্তি মতম পুম্বদা অফবদা ওইবা অদ্বয়তত্ত্বনি।

শ্লোক ৩৬

**ব্যবহিতপৃতনামুখং নিরীক্ষ্য স্বজন বধাদ্বিমুখস্য দোষবুদ্ধ্যা।**
**কুমতিমহরদাত্মবিদ্যয়া যশ্চরণরতিঃ পরমস্য তস্য মেঽস্তু ॥ ৩৬ ॥**

শব্দার্থ

ব্যবহিত—লাপতক্তা লেপ্লম্বা; পৃতনা—লাম্মীশিং; মুখম্—মমায়; নিরীক্ষ্য—য়েংলগা; স্বজন—মশাগী মরীমতা; বধাৎ—হাৎপা হায়বা থবক্তগী; বিমুখস্য—মায়য়োম্নীংবা মাগী; দোষবুদ্ধ্যা—দোষ চেনবা বুদ্ধিনা; কুমতিম্—বুদ্ধি থেনবহু; অহরৎ—কোকহনখি; আত্মবিদ্যয়া—আত্মাবিদ্যানা; যঃ—মহাক; চরণরতিঃ—খোঙদা লুপচবা; পরমস্য—পরমেশ্বর ওইবা; তস্য—মহাক্কী; মে—ঐগী; অস্তু—ওইসনু।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

লাপতক্তা লেপ্লম্বা লাম্মীশিংগী মমায় উরগা মবুদ্ধি মকপদগী মরীমতাবু হাৎনীংলমদবা অর্জুনগী অমকপা বুদ্ধিহু ভগবান্না মাগী আত্মাবিদ্যা শীজন্নহুনা কোকহনবিখি; অহুগুম্বা পরমেশ্বর শ্রীহরিগী চরণথাদা ঐগী পুক্নীং লুপচবা ওইসনু।

নৈনরোল

নিংথৌশিং অমদি সেনাপতিশিংদি লাম্মীশিংবু লুচিংহুনা মাঙজীন্ থানৈ। অহুমক ভগেংবা লাল-ওংগী নিয়মনি। নিংথৌশিং অমদি সেনাপতিশিংহু হৌজিক-কালগী তৌনরিবা রাষ্ট্রপতিশিং

অমদি প্রতিরক্ষা মন্ত্রী (লৈবাক-ঙাক্-শেল মন্ত্রী) খোয়গুম্বা নত্তে। মখোয়দি লাইবক থীবা লাম্মীশিং নত্রগা খুনেক লাম্মীশিংনা মায়য়োক্লনা লান্ শোক্লরিঙৈদা য়ুমদা কমদুনা লৈথোক্কে। আধুনিক গণতন্ত্রগী মসি নিয়ম ওইরম্বা য়াই, অদুবু তশেংবা রাজতন্ত্র চংলিঙৈদদি নিংথৌশিংদু মতীকমগুণ য়েংদবমখৈ থন্গৎপা অয়ম্বা মীতা লাৎতো নংলমদে। কুরুক্ষেত্রগী লান্না প্রমাণ ওইনা উংলিবদি পক্ষ অনিমক্কী থবক-পুবা লুচিংবা ওইরিবা ভীষ্ম, দ্রোণ, অর্জ্জুন অদুগা দুর্য্যোধনখোয়গুম্বা পুম্নমক মীৎ উইশন্দুনা তুমদুনা লৈথোক্লমদে হায়বসিনি; মখোয় লোইনমক থোক্লুনা লাম্মী-নত্তবা প্রজাশিংগী য়ুম কৈ মনাক্তগী লাপ্পা লৈবা মকম অমা থল্লগা মদুদা লাল শোক্লরুবনি। মায়য়োক্লরিবা নিংথৌ অনীগী লান্-শোক লাম্লেংনবগী ফল অমতা মরাল্লৈজদবা প্রজা-মীচয়না ফংনরমদে। অসিগুম্বা লাল থেঙ্গায়নরিঙৈ মতমদা করি থোকপা থোক্তবা য়েংবদু প্রজাশিংগী মথৌ নংলমদে। মখোয়গী হায়ববু অর্জ্জুন-লা দুর্য্যোধনরা নিংথৌ অওইবা অদুদা খাজনা চাথোক্কী শরুক মরি থোকপগী অমা পীরগা লোইরে। কুরুক্ষেত্র লানফমদা পক্ষ অনীগী লাল্লোয়চিংবা সেনাপতিশিংদু মায়োক্লনা লেপ্লম্মী। অর্জ্জুন-না য়াম্না মুংশিনা মখোয়দুবু য়েংলম্মী। সাম্রাজ্য ফংনবগীদমক লান্দা মরীমতা নরুবা কয়া হাৎপা তাবনা মথবাই মুংঙাইখিদে। দুর্য্যোধন মহারাজনা শেম-শারম্লিবা লাম্মী মপৈদু অর্জ্জুন করিমতা কিরমদে; অদুবু মুংশি-হৈবা ভগবৎ-ভক্ত অমা ওইনা সংসারবিষয়াবু থাদোক্লীংবদি মাগী হৌনশানি; মতৌ অসুম ওইবনা মহাক্না মায়িকজগৎকী লন ফংনবগীদমক্তি লান তৌরোই হায়না ৱারেপখিবনি। অদুবু মানা তৌরিবসি মবুদ্ধি থেন্বদগীনি, মরমসিনা শ্লোকসিদা 'দোষবুদ্ধ্যা (অমকপা বুদ্ধিনা) হায়না পল্লিবনি। মাগী বুদ্ধিদি করিগুম্বা মতমদসু মকপা য়ারোই, মরমদি মহাক্তি ভগবান্গী তৎতনা লোয়নরিবা ভক্ত অমনি; ৱাফমসি ভগবদগীতাগী মরীগুবা অধ্যায়না তশেংনা তাকয়ি। পান্দা য়েংবদদি অর্জ্জুনগী বুদ্ধিদু দোষ-চেন্বা মাল্লম্মী মরমদি অদুম তৌদ্রগদি হকচাঙবু আত্মানী হায়না শেরান্নবা থন্বদগী মায়া লাংদা ফারবা দোষ-চেন্বা বদ্ধ-জীবশিংগী য়াইফনবগীদমক ভগবদগীতাগী উপদেশশিংসি হায়রম্নবগী তাঞ্জা ফংলয়োইদৌবনি। জগৎকী বদ্ধজীব-শিংবু মখোয়গী হকচাঙদুনা আত্মানি হায়না শেরান্নবা থল্লম্বদগী লোখৎপীনবগীদমক অদুগা জীবা-ত্মাগা ভগবান্গা অনীগী মরক্তা নিত্য ওইবা সম্বন্ধ অমা লৈরিবদু অমূক হন্না লৈহন্নবগীদমক ভগবদগীতাসি জীবশিংদা তাক্লম্বনি। 'আত্মাবিদ্যা' হায়বদি ভগবান্গী দিব্য জ্ঞানদু মরুওইনা বিশ্বজগৎকী মফম পুম্নমক্তা লৈবা জীবশিংগী য়াইফনবা হায়দুনা ভগবান্না তাকখিবনি।

শ্লোক ৩৭

স্বনিগমমপহায় মৎপ্রতিজ্ঞা-
মৃতমধিকর্ত্তুমবপ্লুতো রথস্থঃ।
ধৃতরথচরণোঽভ্যয়াচ্চলদ্গু-
র্হরিরিব হন্তুমিভং গতোত্তরীয়ঃ॥ ৩৭॥

শব্দার্থ

স্ব-নিগম্—মশাগী ৱাশক; অপহায়—কায়হন্দুনা; মৎ-প্রতিজ্ঞাম্—ঐগী ৱাশক; ঋতম্—সত্য (অওইবা); অধি—হেন্দোক্না; কর্ত্তুম্—ওইহন্নবগীদমক; অবপ্লুতঃ—কুমথদুনা; রথস্থঃ—রথদা লৈরম্বনা; ধৃত—পায়বা; রথ—কাং; চরণঃ—মখোঙ; অভ্যয়াৎ—থুনমক চংলকখি; চলদ্গুঃ—পৃথিবীবু নেৎলগা; হরিঃ—নোংশা; ইব—গুম্না; হন্তুম্—হাৎনবা; ইভম্—শামু; গত—লংশেক্লুনা; উত্তরীয়ঃ—ইন্নফি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ঐগী রাশক থুংহন্দুনা অহুগা মশাগী রাশক কায়হন্দুনা, মহাক্না (ভগবান্না) রথদগী কূমথখি, রথগী কাংখোং পায়খি অহুগা ঐগী মায়কৈ তম্না চেন্‌শল্লকখি; মতৌদি নোংশানা শামু হাংকে মতাগুম্মী। করি হায়রিনি লমখাঙদা মশাগী ইন্নফি ফাওবা লংশেল্লম্মী।

নৈনবোল

কুরুক্ষেত্রগী লান্দু লালগী নিয়ম ঙাক্না শোক্লখি, অহুগা তৌবদি মরূপ অমগা অমগা লাম্নেং-নবগুম্ শান্নবগী পূকচেন্দা শোক্লখিবনি। ভীষ্মদেবনা মশ্ মুংশিবগী মরম্না অর্জুনবু হাংনীংলমদে হায়রহুনা দুর্যোধননা ভীষ্মবু নিন্দা তৌখি। ক্ষত্রিয় মচাদি লান্‌গী মরমদা ইকায়বা পীরকপবু খাঙবা ঙমদে। মরমহুনা ভীষ্মনা নোংঙাল্লকপদা (মতুং নোংমা কোন্‌বদা) পাণ্ডব মঙামকপু হাৎনবা শাবা খুৎলাইনা মখোয়বু হাৎকনি হায়না রাশক্লম্মী। মহুদা দুর্যোধননা হন্নাওরহুনা তেঞ্জৈ মঙাদো মতুং নোংমা কোনবগী লান্দা ভীষ্মদা লান্‌শন্নবা হায়রহুনা মাগীদা থমজন্‌খি। লৌশিং অমা তৌহুনা অর্জুনা দুর্যোধনগী তেঞ্জৈশিংহু লৌথোকখি, লৌশিংহু শ্রীকৃষ্ণগীনি হায়বা ভীষ্মদেবদি খঙখি। মরমহুনা হয়েং নোংঙানবদা কৃষ্ণবু খুৎলাই পায়হনগনি নত্রগদি মাগী মরূপ অর্জুনবু হাৎকনি হায়বা রাশক ভীষ্মনা শকখি। নোংঙাল্লগা শোক্লবা লান্দা ভীষ্মদেবনা কয়ামুক শাথিনা লান্দখিবগে হায়ববু অর্জুনগা কৃষ্ণগা অনীমক্তো য়াম্না রাখি। অর্জুন্দু মায়থীরমগদৌরে হায়বা য়ানা লৈরম্নে; ফীভমহু কয়ামুক লুরম্নবগে হায়ববু মহাক ভীষ্মদেবনা হাৎলমগদৌবা মীৎকুপ-মুক্তা ঙায়রম্নে। মতমহুদা ভগবান্ কৃষ্ণনা মাগী ভক্ত ভীষ্মগী রাশক থুংহন্দুনা মনাই ভক্তবু পেলহন্নীংখি, করিনা মাগী রাশকপুদি ভক্তগী রাশক্না হেন্না লুরম্মী। মপাম্বোংদদি কৃষ্ণ মশামক্তী রাশক কায়রম্নে। লান্দা খুৎলাই পায়রোয় অহুগা মপাঙ্গল অহু পক্ষ অমগীসু অমগীসু শীজন্নরোয় হায়না শ্রীকৃষ্ণনা কুরুক্ষেত্রগী লাল হৌব্রিঙৈদা রাশকখি। অহুবু অর্জুনবু কন্‌গে হায়হুনা মহাক্না কাংখোঙ পায়থৎখি অহুগা শাউনা শাউনা ভীষ্ম তম্না চেন্‌শন্‌খি নোংশা অমনা শামু হাৎন্‌গে মতাগুম। লমখাঙদা মাগী ইন্নফি থাদরম্মী, মহু থাদরম্নবু শাউমনখিবনা থাদরম্মী হায়বফাওবা মহাক খঙখিদে। ভীষ্মদেবনা খুদক্তা খুৎলাই থাদোকখি অহুগা মাগী মুংশিজরবা ভগবান্দুনা মহাকপু হাৎলনবা লেপ্তুনা লৈখি। মুমীৎ অহুগী লান্দো খুদক্কুদা লোইরে অহুগা অর্জুনবু কন্‌খি। অংৎইবদি ভগবান্ মশামক্না রথদা লৈরম্বা মরম্না অর্জুনা শিবা হায়বহুদি ওইথোক্লমদবনি, অহুবু শ্রীকৃষ্ণনা মরূপ্না কন্নবা খুৎলাই পায়বহু ভীষ্মদেবনা উনীংখিবা মরম্না অর্জুন শিবগী মতম নকশিল্লকপা ফীভম মতৌহু শ্রীকৃষ্ণনা থোকহন্-খিবনি। ভীষ্মগী রাশক ঙাক্লে হায়বা অহুগা কৃষ্ণনা খুৎলাই পায়রে হায়বা অহুতা উৎননবা হায়হুনা শ্রীকৃষ্ণ ভগবান্ ভীষ্মদেবগী মমাঙদা চপ লেপখি।

শ্লোক ৩৮

শিতবিশিখহতো বিশীর্ণদংশঃ
ক্ষতজপরিপ্লুত আততায়িনো মে।
প্রসভমভিসসার মদ্বধার্থং
স ভবতু মে ভগবান্ গতির্মুকুন্দঃ ॥ ৩৮ ॥

### শব্দার্থ

শিত—থৌরবা; বিশিখ—তেঙ্গৈনা; হত—শোক্লবা; বিশীর্ণদংশঃ—কবচ-তোইরবা; ক্ষতজ—তেন্না পানবগী ইথেঙনা; পরিপ্লুতঃ—ইতৈ তৈরবা; আততায়িনঃ—য়েক্লবা; মে—ঐগী; প্রসভম্—শাউনা শাউনা; অভিসসার—লেঙখি; মৎ-বধার্থন্—ঐবু হাৎননবগীদমক; সঃ—মহাক; ভবতু—ওইসনু; মে—ঐগী; ভগবান্—পরমেশ্বর ভগবান্; গতিঃ—চঙজফম, কায়দোঙফম; মুকুন্দঃ—অরান-খুভম পীনহৈবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণ মুকুন্দ (মুক্তি পীনহৈব) অদুনা ঐগী গতি (পম্বুংফম, চঙজফম, কায়দোংফম) ওইসনু। ঐগী থৌরবা তেঙ্গৈনা শোক্নুনা শাউবগী মতাগুম্না মহাক্না লানফমদা ঐবু তম্না লেঙশল্লকখি। মাগী কবচ কায়-তোয়রম্লে অদুগা মাগী অঙ্গদু তেন্না পানবদগী থোরকপা ইথেঙনা ইতৈ তৈরম্লে।

### নৈনরোল

কুরুক্ষেত্রগী লানফমদা শ্রীকৃষ্ণগা ভীষ্মদেবগা অনীনা তৌনরম্বা মতৌদো পুক্নীং হুনঙাই মতৌনি, মরমদি ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনা তৌরম্বা মতাদো অর্জুনগী মীচঙ চঙবা অদুগা ভীষ্মগনা য়েংথিনবা মানখি অদুবু অওইবমক্তি পুম্নমক্তো ভগবানগী মহৎ ভক্ত ভীষ্মদেবদা থোইদোক্লা চানবীবা অমা উৎকে তৌবগীদমক্নি। (কৃষ্ণগা ভীষ্মগা) অনীনা তৌনরম্বা ব্যবহার মতাদো অঙকপা রা হায়রবু ভক্তনা য়েক্লবগী শকক লৌদুনা ভগবানবু পেলহনবা ঙম্মী হায়বসিনি। ভগবান্দি স্বতন্ত্রনিনা (মনীংতম্বনিনা) মাগী শুদ্ধ ভক্তনা য়েক্লবগী শক্লোন পুরবসু ভক্তদুগী সেবা লৌই। পরমেশ্বর ভগবান্গী য়েক্লবা লৈবা হৌনদে, অদুগা য়েক্লবনি হায়রিবা মীদুনা ভগবান্গী মাঙ তাক্লবসু তৌবা ঙমদে, মরমদি ভগবান্দি 'অজিত-নি' হায়বদি কনামতনা জয় তৌবা ঙমদবনি। অদুবু মহাক্কী শুদ্ধ ভক্তনা য়েক্লবা অমদৌনা মাবু য়ৈবা নত্রগা মথক পোংবা ওইনা মাবু চৈবা মতমদা, মাগী থক-থোংবা কনামতা লৈত্রবসু, মহাক পেল্লি। ভক্তগা ভগবান্গা চৎনরম্বা মতৌ খরগী রানি অসি পুম্বা। শুদ্ধ-ভক্তিগী সেবা করিনো হায়বা খঙদবা মীনা অসিগুম্বা ব্যবহার মন্থাসিগী মর্ম খঙবা ঙমদে। ভীষ্মদেবনা বীরযোদ্ধা অমগী ভূমিকা লৌরম্মী, মহাক্না ভগবান্গী দেহদুদা থ্বুম্না তেনক্তে চঙহনগে হায়বা অমা য়াওনা কাপশল্লম্মী, কবিনা অদুম তৌরগা মীচমশিংগী মমীত্তা ভগবান্গী হকচাঙদু শোক্লে হায়না উগনি, অদুবু তশেংবদি মদু পুম্বা ভক্ত-নত্তবা মীতাশিংবু পঙথহন্নবগীদমক্তনি। হকচাঙ পুম্বা চিন্ময় ওইবনিনা করিমতা খুৎলাইনা শোকহনবা ঙমদে অদুগা ভক্ত অমনা ভগবান্গী য়েক্লবসু ওইবা য়াদে। মদু ওইরম্লবদি, ভীষ্মদেবনা ভগবান্দুমকপু মহাক্কী পুক্নিংগী পোলোই-পম্বুং ওইনীংলমগদবা নত্তে। ভীষ্মদেবনা ভগবান্গী য়েক্লবা ওইরম্লগদি ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনা খোঙকম অমা কাওবা লেঙদবমখৈ লৈরগা ভীষ্মবু হাত্তোক্লম্ব য়ারিবপোংনি। ভীষ্মগী খুৎলাই পানফমগা ইথেঙগা লোয়ননা লাক্লমম্লবসু য়াবনি। অদুবু মহাক্না লাক্লম্মী মরমদি মাগী লাম্লোয় ভক্তনা উবা পামজরম্বদি শুদ্ধ ভক্তনা শোকহল্লবা মফম্না লৈতেংলবা ভগবান্গী দিব্য ওইবা ফজবা-শক্তমদুনি। ভগবান্গা ভক্তগা অনীগী মরক্তা লৈরম্বা রসগী মওংদি অম্মুম্না তৌবনি। অসিগুম্বা মতৌশিংনা ভগবান্গা ভক্তগা অনীনা মরক্ত মখোয়না ওইরিবা ফীভমদা লেমজনঙাই ওই। ভগবান্দু কয়ামুক শাউরম্বগে হায়ববু মহাক্না ভীষ্মদেববু তম্না চেনশিল্লম্বদু অর্জুন-না থিংলম্মী, অদুবু অর্জুন-না থিংন-থিংনমক মহাক্না প্রেমিক অমনা প্রেমিক অমগী মায়কৈ থিংনা থিংনা তম্বগুম্না ভীষ্মদেবগী মায়কৈ তম্না চংশল্লম্মী। মপাম্বোংদা য়েংবদদি মহাক ভীষ্মবু হাৎলগে হায়না মপুক্নীং চপ য়ুংবা মাল্লী, অদুবু তশেংবদি ভগবদ্ভক্ত অচৌবা অমা ওইরিবা মহাকপু পেলহন্নবগীদমক্নি।

ভগবানদি মায়ালাংদা থুরবা জীব পুম্নমক্কী উদ্ধারকর্ত্তানি। নির্ব্বিশেষবাদীশিংনা মঙোন্দগী মুক্তি পামজে, অদুনা ভগবান্না মতম লৈবা খিবিক্তা মখোয়গী অপাম্বদু পীনবী, অদুবু ভীষ্মদেবদি ভগবান্বু মাগী স্বরূপ-তা উজনিংখি। শুদ্ধ ভক্ত পুম্নমনা পাম্বসু অসিতনি।

শ্লোক ৩৯

**বিজয়রথকুটুম্ব আত্ততোত্রে ধৃতহয়রশ্মিনি তচ্ছ্রিয়েক্ষণীয়ে।**
**ভগবতি রতিরস্ত মে মুমূর্ষোর্যমিহ নিরীক্ষ্য হতা গতাঃ স্বরূপম্।**

শব্দার্থ

বিজয়—অর্জ্জুন; রথ—কাং; কুটুম্ব—ফীভম খুদিংমক্তা ঙক্লঙাই ওইবা; আত্ত—পায়বা; তোত্রে—শাজৈ; (আত্ততোত্রে—খুৎ য়েংনা শাজৈ পায়বা মঙোন্দা); ধৃতং—পায়বা; হয়—শগোল; রশ্মিনি—চুপ্পী; (ধৃতহয়রশ্মিনি—শগোল লাক্লবা চুপ্পী পায়বা মঙোন্দা;) তৎশ্রিয়া—শক-ফজনা লেপ্লিবা; ঈক্ষণীয়ে—য়েংনঙাই ওইবা; ভগবতি—ভগবান্দা; রতিঃ অস্ত—পুক্নীং লুপ্পা ওইসনু; মে—ঐগী; মুমূর্ষোঃ—শিনীংলবা; যম্—মহাকপু; ইহ—ইহলোকসিদা, হন্দকী মপোক্তা; নিরীক্ষ্য—য়েংক্লরগা; হতাঃ—শিরবশিং; গতাঃ—ফংখি; স্বরূপম্—মশাগী ওইবা হান্নগী শক।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শিরমদাই মতমদা ঐগী পুক্নীংসি ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণদা লুপ্পা ওইরসনু। অর্জ্জুনগী রথবু ঙাক্লে হায়না লৈরিবা, অর্জ্জুনগী রথ-সারথি, খুৎ য়েক্তা শাজৈ পায়না অদুগা খুৎ ওইনা শগোল চুপ্পী পায়বা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানদা ঐগী পুক্নীং পুঙচঙ চঙহল্লে। কুরুক্ষেত্র লানফমদা উরগা শিখিবা মীশিংদু মখোয় মখোয়গী স্বরূপ অদু ফংখ্রে।

নৈনরোল

প্রেমভক্তিগী মপান্না পারমার্থিক সম্বন্ধ অমা ভক্তগা ভগবানগা লৈনবা মরম্না ভক্তনা থম্মোয়-দুংদা ভগবান্ লৈবা তত্তনা উজৈ। অসিগুম্বা অশেঙবা ভক্তনা ভগবান্বু মীৎকুপ অমা ফাওবা কাউবা ঙমদে। মসিবু সমাধি কৌই। যোগীনা ইন্দ্রিয়শিংবু বিষয় পুম্নমক্তগী চিংথোক্লুনা থুদুম চল্লগা পরমাত্মাদুবু নীংদুনা থম্নবা হোৎনৈ। অসুম্না হোৎনদুনা মহাক মমৈদা সমাধি ফংঙী। ভক্ত অমনা অসিগুম্বা সমাধিদি ভগবানগী মূর্ত্তিবু মাগী নাম যশ-লীলানচিংবগা লোয়ননা তত্তনা নীঙশিংলগা ইরায় লায়না ফংঙী। মরমসিনা, যোগীগী সমাধিগা ভক্তগী সমাধিগা মান্নদে। যোগীগী সমাধিদি মেচিনগুম্বনি, অদুগা ভক্তগী সমাধিদি শুদ্ধপ্রেম অমসুং মথক্তা ইহৌজরকপা দেহনা থোকহনবা মশাগী ওইবনি। ভীষ্মদেব শুদ্ধভক্ত অমনি, অদুনা সেনাপতি অমা ওইনা ভগবান্গী লানফমদা অর্জ্জুনগী সারথি ওইখিবা শ্রীকৃষ্ণগী শক্লমদু তৎতবমখৈ নিংশিংলম্মী। মরমসিনা পার্থসারথি ওইনা ভগবান্না শান্নখিবা লীলাদুসু নিত্যনি। ভগবল্লীলাশিংদু কংসগী কৈগুমশঙদা পোকপদগী হৌরগা অরোইবগী মৌষল-লীলা ফাওবদু ব্রহ্মাণ্ডশিংদা ঘড়িগী কাঁটাগুম্না মথং মনাও নাইনা থোক্লুনা লৈরিবনি। অসিগুম্বা লীলাশিংদা য়াওরিবা মাগী পাণ্ডবশিং অমদি ভীষ্মখোয়গুম্বা পরিকরশিংদু নিত্য পার্ষদ ওক্নি। মরমসিনা ভীষ্মদেবনা অর্জ্জুনফাওবনা উবা ফংখিদবা পার্থ সারথি ওইনা ভগবান্গী ফজরবা শক্লম অদুবু কদৌঙৈদসু কাউথিদে। অর্জ্জুন-দি শকহেনবা ফজরবা পার্থ সারথিগী মতুঙ্গা লৈখি,

মতমদুদা ভীষ্মদেবদি ভগবান্গী মাঙমতদা লৈরম্মী। ভগবান্গী লাম্মীগী শক্তমদুগী হায়রগদি ভীষ্মদেবনাঁ শক্তমদুগী রস চুপথিবদি অর্জ্জুন-না চুম্নদগী হেন্থি।

কুরুক্ষেত্রগী লানকমদা ভিনখিবা লাম্মীশিং অদুগা অতৈ মীপুম্নমক শিরবা মতুংদা ভগবান্গা শকমান্নবা (সারূপ্য) মুক্তি হায়বদু ফংথি মরমদি ভগবান্গী ওইজখিদবা কৃপানা মখোয়শিংদুনা ভগবান্বু মতমদুদা মায়-ওক্পা উবা ঙমজখি। মায়াবদ্ধ জীবশিংদি ঈশ্বরগী জীবগী মপোক্তগী হোৎনা অমুম অমুম ওন্থৎলকপনা ব্রহ্মাগী মপোক ওইরকপা ফাওবা মায়িক দেহ ফংবা ঙাক্তনি হায়বদি জীব জীবদুগী কর্ম্মফল মতুংঙ ইন্না প্রকৃতিনা পীবা দেহ লৌবা ঙাক্তনি। বদ্ধ-জীবশিংগী প্রাকৃত দেহশিংদু বিজাতীয় ওইবা (মশাগী নত্তবা) কীজোনঙ্গনি। বদ্ধজীবনা মায়াদাগী মুক্তি ফংলবা মতমদা মহাকী হান্নগী হৌরকপগী শরীরদু ফংঙী। নির্ব্বিশেষবাদীশিংনা ভগবান্গী হকচাঙগী মঙাল নির্ব্বিশেষ ব্রহ্মদু ফংবা পাম্মৈ, মদু ভগবান্গী অংশ ওইবা জীবাত্মাশিংগদি চুনদে। মরমসিনা নির্ব্বিশেষবাদীশিংনা অমুক লৈথাদা তারকম্নি অদুগা আত্মাগী মকমদা মিথ্যা ওইবা মায়িক দেহদু ফংঙী। জীবাত্মাগী স্বভাব মতুংইন্না খুং অনীলোঙবা নত্রগা খুং মরি-লোঙবা ভগবান্গী মূর্ত্তিগা মান্নবা চিন্ময় দেহদু ভগবদ্ভক্তশিংনা বৈকুণ্ঠদবু ওইরবদু নত্রগা গোলোক ধামদবু ওইরবদু ফংজে। চিন্ময় পুক্তোই-ওইবা মূর্ত্তিসি জীবগী স্বরূপ অশেঙ-বনি, অদুনা কুরুক্ষেত্রগী লালকমদা য়াওরবা মায়কৈ অনীমকী জীব পুম্নমক মাগী মাগী স্বরূপ অদু ভীষ্মদেবনা হায়রবগুম্না ফংনথি। মরমসিনা শ্রীকৃষ্ণনা পাণ্ডবশিংবুদা কৃপা তৌবিখিরমদে; মায়কৈ অতৈগী মীশিংবু মহাক্কা কৃপা তৌবিখি মরমদি মখোয়দু পাণ্ডব মায়কৈগী মীগুম্না ফল চপ মান্ননা ফংথি। মরামদা তৌবিখিবা কৃপাদু ভীষ্মদেবদনু তৌবিনবা হায়না মহাক্না ভগবান্দা প্রার্থনা তৌজখি, তৌবগীবুদি মহাক ভগবান্গী পার্ষদ অমা ওইনা মদুম্মগীদুগুম্বা কৃপা ফংবদি শোয়দবা কীভমদা লৈরম্নবনি। বারোই হায়রববু ভগবান্বু মুংদবা পান্দবা ভক্ত য়েংজবা শিরবা মীদুনা মাগী 'স্বরূপ' অদু ফংজে—স্বরূপ ফংবসিনি পুন্সিগী বাংলেন-বাংবা সিদ্ধি হায়রদু।

শ্লোক ৪০

**ললিতগতিবিলাসবল্গুহাসপ্রণয়নিরীক্ষণকল্পিতোরুমানাঃ।**
**কৃতমনুকৃতবত্য উন্মাদান্ধাঃ প্রকৃতিমগন্ কিল যস্য গোপবধ্বঃ ॥ ৩০ ॥**

শব্দার্থ

ললিত—পুক্নীং চুবা; গতি—শাজৎ, খোঙথাঙ; বিলাস—হরাওনঙ্গাই থবক; বল্গু-হাস—পুক্নীং-চুনঙাই মোমোন নোকপা; প্রণয়—মুংশিবা; নিরীক্ষণ—মীৎয়েং; কল্পিত—পুক্চেল মতা; উরুমানাঃ—য়াম্না ইকায়খুম্নবদা; কৃত-মনু-কৃতবত্যঃ—শাজৎ-খোঙথাঙগী মতৌ তৌবা; উন্মাদ-অন্ধাঃ—হরাওমনখিদুনা ঙাওবগী মতৌ অমী; প্রকৃতিম্—মতৌ-মরাং; অগন্—অমী; কিল—লেমবক; যস্য—মহাকী; গোপ-বধ্বঃ—গোপ-মৌশিংনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণগী ফজরবা খোঙথাঙগী ওইবা রাসলীলা হরাওবগী শাজৎ, ফজরবা মনোক, মুংশি-মীৎয়েংনচিংবনা মুনা তৌবীরে হায়বা বাক্তা মরাই-কাথিদুনা (কৃষ্ণ) মাবুতা থন্বা পুক্চেন্না (কৃষ্ণনা) গোবর্দ্ধন থাজংগনচিংবা লীলাদু মতৌ তম্নবী গোপ-মৌশিংনা (কৃষ্ণ) মাগী স্বরূপ ফংখিবা অদুগুম্বা শ্রীকৃষ্ণদা ঐগী রতি (পুক্নীংলুপ্পা পাম্বা) ওইসনু।

নৈনরোল

ভগবান্‌গা শামান লেংমান্নবগুম জগোয় শামিন্নদুনা, লুহোংলবা মুপা মুপীগী প্রেমদা ভগবান্‌বু কোন্দুনা, কেনবগী মনোক নোকশন্দুনা অদুগা মুংশি মীৎচিগী তেন কাপশন্দুনা শান্নবদা মুংশি ইহৌনা য়োশনখিবনা ব্রজগোপীশিংদু ভগবান্‌গা অমতা ওইখি। ভগবান্‌গা অর্জুনগা নৈনরম্বা সম্বন্ধদু ভীষ্মদেবগুম্বা ভক্তশিংগীদমক্তা লেপ্পমক থাগৎনিঙাইনি, অদুবু ভগবান্‌গা গোপীশিংগা নৈনরম্বা সম্বন্ধদুনা অমুক হেন্না শেংলবা প্রেম সেবাগা লোয়নবা মরম্না অদুগুম্বা সম্বন্ধনা হেন্না থাগৎনঙাই ওইরম্মী। ভগবান্‌গী কৃপানা অর্জুন-না মাগী সারথি ওইহন্দুনা ভগবান্‌না মচিন-মনাও ওইবগী ভৌরম্বা সেবা ভোগ তৌখি, অসুম্না লাইবক ফরবসু ভগবান্‌না অর্জুনদা মাগীগা মান্নবা পাজল-মক্তি হাপলমদে। অদুগা গোপীশিংদি ভগবান্‌গা খোঙকমচপ মান্ননা অমতা ওইশমখি। ভীষ্মনা গোপীশিংবু নীঙশিংনীংলুবদি মাগী পুন্সিগী অরোইবা মতাঙদা মখোয়গীসু কৃপা ফংজগে হায়বগী প্রার্থনানি। ভগবানদি মাগী ভক্তশিংনা মান ফংলবদা অমুক হেন্না পেল্লি। মরমদুনা ভীষ্মদেবনা মমাঙদা নৈরম্বা অর্জুনগী থবক্তবু থাগৎলমদে, গোপীশিংবুসু নীংশিঙলম্মী, মরমদি গোপীশিংদি ভগবান্‌গী প্রেম সেবা ভৌবগী অমতা ঙায়বা সুযোগ অদু ফংখি। গোপীশিংগা ভগবানগা মান্নবা হায়বসিবু নির্বিশেষবাদীশিংগী সাযুজ্য মুক্তিগুম্বনি হায়না শেরান্ননা লৌগদবা নত্তে। অসিদা হায়রিবা মান্নবসি মুংঙাইমনখিবদগী মূর্চ্ছা হায়বদি সমাধিদা লুপখিবনা খেন্নবগী বাথল পুঙমৎ মুৎখিবগী বানি, মরমদি প্রেমিক অমসুং প্রেমিকাগী অপাম্বদু অমতা ওই।

শ্লোক ৪১

**মুনিগণনৃপবর্য্যসংকুলেঽন্তঃ সদসি যুধিষ্ঠির রাজসূয় এষাম্।**
**অর্হণমুপপেদ ঈক্ষণীয়ো মম দৃশিগোচর এষ আবিরাত্মা ॥৪১॥**

মুনিগণ—মুনিশিং; নৃপবর্য্য—অচৌবা নিংথৌশিং; সংকুলে—তিল্লম্বা; অন্তঃসদসি—সভা ময়ায়দা; যুধিষ্ঠির—যুধিষ্ঠির মহারাজগী; রাজসূয়—রাজসূয় যজ্ঞদা; এষাম্—মখোয়সিগী (মুনিশিংনচিংবগী); অর্হণম্—পূজা; উপপেদ—ফংখি; ঈক্ষণীয়ঃ—য়েংনঙাই ওইবা; মম্—ঐগী; দৃশিগোচর—মীৎয়েং তাফম; এষঃ—মহাক; আবিঃ - মাঙদা লৈরিবা; আত্মা—পরমাত্মা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

যুধিষ্ঠির মহারাজগী রাজসূয় যজ্ঞদা তিল্লম্বা মহামুনিশিং অমদি অচৌ-অচৌবা নিংথৌশিংগী সভা ময়ায়দা তিল্লিবা ময়ামদুগী অওক ফংনা য়েংনঙাই পাত্র অমা ওইনা পূজা ফংখিবা অদুগুম্বা বিশ্বগী আত্মা ওইবা শ্রীকৃষ্ণসি ঐগী মীৎয়েং তাফম ওইনা ইমাঙদা লৈবিরে; আঃ ঐগী লাইবকসে কয়ামুক ফরিবনো !

নৈনরোল

কুরুক্ষেত্রগী লানদা লনঙমফীরাল থেংলবা মতুংদা পৃথিবীগী নিংথৌরেল মহারাজ যুধিষ্ঠিরনা রাজসূয় যজ্ঞ তৌখি। মতম অদুদাইদদি নিংথৌরেন্দুনা সিংহাসন হেক কাবগা লানশীংনবগী শগোল অমা মানা নিংথৌরেন ওইরে হায়বদু লাউথোকপা ওইনা পৃথিবীগী রাজ্যশিংদা থারম্মী। পান্নন্নিবা নিংথৌ অমনা শীঙনরকপদুদা যজ্ঞ তৌগদৌরিবা নিংথৌরেন্দুগী মথা পোমগনি পোল্লোই হায়বদু

ফোঙদোকপা য়াই। শীঙনরকপতুদা য়ারগনা মহাক চোংথোক্লনা নিংথৌরেনগা লাম্বেংনরগা মানা ঙমজরবদি মানা নিংথৌরেন ওইরে হায়গনি। শীঙনবা হোৌরুরিবা নিংথৌরেন্দুনা মায়থিরবদি লানঙম্বা নিংথৌহুনা মফম্ শিল্লরমুরা মথবায় থাগ্গদবনি। মতৌ অদুম্না মহারাজ যুধিষ্ঠিরস্ লানশীঙনবগী শগোল ময়াম পৃথিবী পুম্বদা থাখি, অদুদা পৃথিবীগী নিংথৌ খুদিংমক্কা যুধিষ্ঠিরনা পৃথিবীগী নিংথৌরেন ওইবছ য়াজখি। অদুগী মতুংদা মহারাজ যুধিষ্ঠিরগী মখা পোনবা নিংথৌ ওইনা পাল্লম্বা খুদিংমকপু রাজসূয় যজ্ঞদা য়াওরনবা বার্ত্তোন তৌথি। অসিগুম্বা যজ্ঞসিদি লুপা কোটি কোটি চঙঙী, অদুনা অপীকপা নিংথৌ অমনগা তৌবা ঙমগদবা অরায়বা থবক নৎলমদে। শেঙ্গংবা থবক অমা ওইবনে অদুগা হৌজিক কালগী ফীভমদা তৌবস্ বানঙাই ওইবনে অসিগুম্বা যজ্ঞদি কলি যুগ অসিদা ওইথোক্তে। অদুগা যজ্ঞগী পুরোহিত ওইবিনবা অহৈবা মীতাম্ পঙফং ফংদ্রে।

অদুনা মহারাজ যুধিষ্ঠিরনা বার্ত্তোন তৌরুবনা পৃথিবীগী লাইরিক হৈরবা মুনিশিং অমসুং নিংথৌশিং পুম্নমক মহারাজ যুধিষ্ঠিরগী কোন্নুংদা তিল্লখি। দর্শন-পণ্ডিতশিং, ধর্ম্ম-নাইবা মীতাশিং, অনায়েক্কী মাইবশিং, বিজ্ঞান পণ্ডিতশিং অমসুং অচৌ অচৌবা ঋষি-মুনিশিং য়াওনা লাইরিক লাইশু হৈবা মী পুম্নমকপুসু বার্ত্তন তৌথি। মসি হায়বগী বাদি—সমাজদা লুচিংলম্বা মীতাদি ব্রাহ্মণশিং অমদি ক্ষত্রিয়শিংনি, অদুনা মখোয় লোয়নমকপু যজ্ঞগী তিল্লিবা সভাদা য়াওবিরনবা বার্ত্তোন তৌরম্মী। বৈশ্য অমদি শূদ্রশিংদি সমাজদা মরু ওইরমদে, মরমদুনা নৈনরিবা শ্লোকসিদা মখোয়বু পল্লমদে। আধুনিক যুগসিদা সমাজগী থবক্তা অহোংবা অমা লাকপা মরম্না, শিল্লমগী মতুং ইন্না মীগী ফীরেপ লেপলম্বদু লৈখিদ্রে।

মরমদুনা অচৌবা সভাদুগী ময়ায়দা ভগবান শ্রীকৃষ্ণদু ময়ামগী পুক্নীং হুনঙাই শক্তম ওইখিরম্মী। মীপুম খুদিংনা শ্রীকৃষ্ণবু য়েংনীঙম্মী অদুগা মখোয় খুদিংমক্কা ভগবান্ মহাকপু পূজা তৌনীঙম্মী। মসি পুম্নমক ভীষ্মদেবনা নীঙশিংখি, অদুনা মহাক্কী পূজা তৌনফম ওইবা পরমেশ্বর ভগবান্দু মশামক্কী রূপ অদুদা মমাঙদা লৈরম্বদু উবদা ভীষ্ম হরাওখি। মরম্মসিনা ভগবান্বু ধ্যান তৌবা হায়বদুদি মহাক্কী লীলা, রূপ (মশক), বাল্য-লীলা, নাম অমসুং যশ (মিংচৎ) অদুবু ধ্যান (স্মরণ-নীঙশিংবা) তৌবনি। মদুনা ভগবান্গী নির্ব্বিশেষ ওইবা শক্তম অদু ধ্যান তৌবদগী লায়বা হেল্লী। ভগবদ্গীতাদা (১২।৫) তশেংনা হায়রি—নির্ব্বিশেষ ব্রহ্মবু ধ্যান তৌবদি অৱাবগী মশক্নি। মসিগুম্বা ধ্যানদি থবক ওইনা হায়রবদি ধ্যান নত্তে, নামৎ মাঙহনবা হায়বদুনি মরমদি পামজরিবা ফল অদু ইওই ওইবা ঙমদে। অদুগা ভক্তশিংদি ভগবান্গী অওইবা রূপ অমসুং লীলাশিংদু ধ্যান তৌই, মরমদুনা ভগবান্বু ভক্তশিংনা লায়না ফংবা ঙমজে। বাফমসিসু ভগবদ্গীতানা (১২।৯) হায়রিবনি। ভগবান্গা মাগী চিন্ময় লীলাগা করিমতা খেন্নদে। ময়ামগী মমাঙদা থোইদোক হেন্দোক্না কুরুক্ষেত্রগী লানগা মরী লৈননা শ্রীকৃষ্ণনা লৈরম্বদুদা মহাকপু পরমেশ্বর ভগবান্দুমক্লি হায়না লৌরমদ্রবসু মতমদুগী খ্বাইদগী চাউবা মীতানি হায়নদি লৌখি। অচৌবা মীবু মহাক্না শিরবা তুংদা ঈশ্বরগুম্না পূজা তৌনৈ হায়বা প্রচার অমা তৌরিবদু মীগী বাথল শেরান্নহনগে তৌবনি, মরমদি মী অমতবু শিরবা মতুংদা ঈশ্বর ওইহনবা য়াবা নত্তে। অদুগা পরমেশ্বর ভগবান্দি কদৌঙৈদসু মীওইবা অমা নত্তে। মহাক মশামক্না মীওইলক্না প্রকট ওইরবা ফাওবা মী নত্তে। বাথল অনীমকসে শেরান্নবা বাথল্ ঙাক্লি। মীওইবগী শক অদু লাইদা পীশনবনি হায়বা বাহুদু শ্রীকৃষ্ণ ভগবান্দদি পানশনবা য়াবা বা নত্তে।

শ্লোক ৪২

**তমিমমহমজং শরীরভাজাং হৃদি হৃদি ধিষ্ঠিতমাত্মকল্পিতানাম্।**
**প্রতিদৃশমিব নৈকধার্কমেকং সমধিগতোঽস্মি বিধূতভেদমোহঃ ॥ ৪২ ॥**

শব্দার্থ

তম্—পরমেশ্বর মহাকপু; ইমম্—ইমাঙদা লৈরিবা অসিবু; অহম্—ঐনা; অজম্—পোকপা নাইদবা; শরীরভাজাম্—মায়ালাংদা থুরবা জীবশী; হৃদি—থম্মোয়মুংদা; হৃদি—থম্মোইমুংদা; ধিষ্ঠিতম্—লৈরিবা; আত্মকল্পিতানাম্—মশা মথন্তুনা ওইজরকপশিংগী; প্রতিদৃশম্—মায়কৈ খুদিংদা; ইব—শুম্না; ন-একধা—অমত্তমক ওইনা নংতনা; অর্কম্—সুমিং; একম্—অমতবু; সমধিগতঃ—যংবা হায়বত্থ; অস্মি—ওইরে; বিধূত ভেদ মোহঃ—খেন্নবা উবশী পঙথবত্থ কোরে।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মথন্তুনা ওইজরকপা জীবশিংগী থম্মোই খুদিংদা লৈহুনা মুমীৎ অমথক্তনা জীবশিংগী মীপুম খুদিংগী মীৎয়েংদা মরাম ওইনা ঙানবশুম্না অনাদি, পোকপা নাইদবা, ইমাঙমক্তদা লেপ্লিবা শ্রীকৃষ্ণবু ঐনা প্রাকৃতভেদ খঙলুবদগী পোকপা মোহ (পঙথবা) অহু কোক্লহুনা মপুঙ ফানা ফংজরে।

নৈনরোল

ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণদি অদ্বয়তত্ত্ব (অমতা ঙায়বা) পরমেশ্বর ভগবান্ অহুনি; অহুবু মাগী বাখল্না লাম্বা ফংদবা শক্তি শীজন্নহুনা মশাবু শককোঙ কয়া কয়াদা উৎথি। দ্বৈতভাব (অনী ওইনা) থোকপদি মাগী বাখল বাংমদা লৈবা শক্তিবু খঙদবদগীনি। ভগবদ্গীতাদা (৯।১১) ভগবান্না হায়রিবদি অপঙবশিংতনা ভগবানবু মীওইবা অমনি হায়না হায়রি। অসিগুম্বা অপঙবশিংনা ভগবানগী অচিন্ত্য শক্তিশিংবু খঙদে। মহাকী অচিন্ত্য শক্তিগী মতেঙনা মহাক পৃথিবী পুম্বদা মীৎ খুদিংগী মীৎমাঙদা মুমীৎনা লৈবগুম, মী খুদিংগী থম্মোইলকামুংদা লৈ। ভগবান্না ওইরিবা পরমাত্মাসি মাগী অংশ অবতার ওইবা শককোঙ অমনি। মাগী অচিন্ত্য (মীওইবগী বাখল্না লামঙমদবা) শক্তিগী মপাল্না মহাক পরমাত্মা ওইনা মীপুম খুদিংগী থম্মোইমুংদা লৈ। অহুগা মহাক মহাকী লল্লাই মঙাল অহু ফুদোকক্তুনা ব্রহ্মজ্যোতি ওইনসু শককোঙই। ব্রহ্মজ্যোতি হায়রিবসি ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী শ্রীঅঙ্গগী মঙাল্লি হায়না ব্রহ্মসংহিতানা হায়রি। মরমসিনা মহাকা মাগী শ্রীঅঙ্গগা করিসু খেন্নদে, অহুম্না মাগা মাগী অংশ পরমাত্মাগসু করিসু খেন্নদে। বাকমসি খঙদবা অপঙবশিংনা ব্রহ্মজ্যোতিসু পরমাত্মাসু শ্রীকৃষ্ণগা খেন্নৈ হায়না খল্লি। অসুম্না অনীথোকপগী (দ্বৈতভাব) শেয়াল্লনা লৌবত্থ ভীষ্মদেবগী মপুক্লীংদগী পুঙকোক কোকথ্রে অহুনা মকম পুম্বদা শ্রীকৃষ্ণ মথন্তুমক ঙায়রমলে হায়বত্থ খঙবদগী মহাক পেঞ্জয়রে। অসুম্না খঙবসি অচৌবা মহাত্মাশিংতনা হায়বদি ভক্তশিংতনা খঙঙী। বাকমসি ভগবদ্গীতাদা (৭।১৯) অসুম্না হায়রি—লোইনমক্তা বাসুদেবগী বাসুদেব ঙাক্তনি, বাসুদেব নত্তনা করিমত্তা লৈতে। বাসুদেব হায়বদি ভগবান শ্রীকৃষ্ণদি আদি পুরুষোত্তম ভগবাননি হায়বসি মহাজন অমনা হৌজিক হায়রে, মরমহুনা সাধকশিংনা অহুগা শুদ্ধ ভক্তশিংনসু মহাজন অসিগী খুত্থং ইন্নবা হোৎনগদবনি। মহুনি ভক্তিমার্গগী চৎনবীদি।

ভীষ্মদেবনা লাৎনঙাইদি পার্থসারথিগী রূপ লৌবা শ্রীকৃষ্ণহুনি। অহুগা গোপীশিংগী লাৎনঙাইদি বৃন্দাবনদা পুল্লীং হুনঙাই ওইবা শ্যামসুন্দরগী রূপ লৌবা (কুরুক্ষেত্র লানগী) শ্রীকৃষ্ণহুমক্তি।

করিগুম্বা মতমদা বুদ্ধি-বাংপা পণ্ডিতশিংনা খন্‌বদি বৃন্দাবনগী কৃষ্ণগা কুরুক্ষেত্র-লাম্‌গী কৃষ্ণগা অনীদু তোঙান-তোঙানবা পুরুষনি হায়বা শেরান্নবা থাখজিনি। অদুবু ভীষ্মদেবগীদি অদিগুম্বা থাখন্দু পুংকোক কোল্লয়ে। নির্ব্বিশেষবাদীনা পাম্নিবা নির্ব্বিশেষ জ্যোতি ওইনা কৃষ্ণবু পাম্বনি অদুগা যোগীশিংনা পামজবা পরমাত্মাদুসু কৃষ্ণনি। কৃষ্ণদু ব্রহ্মজ্যোতি অমসুং পরমাত্মা অনিদুমক্তি, অদুবু ব্রহ্মজ্যোতিদা নত্রগা পরমাত্মাদা কৃষ্ণ নত্রগা কৃষ্ণগা লৈমিন্নবা মধুর সম্বন্ধদু য়াওদে। মহাক্না সাকার রূপ-তা কৃষ্ণ পার্থসারথি অমসুং বৃন্দাবনগী শ্যামসুন্দর হায়বা অনীদমক্তি, তৌইগুম্বসুং মহাক্না নির্ব্বিশেষ রূপ-তা মহাক ব্রহ্মজ্যোতিদসু পরমাত্মাদসু লৈতে। ভীষ্মদেবগুম্বা মহাত্মাশিংনা ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী তোঙান্-তোঙান্‌বা রূপশিংসে উপলব্ধি তৌয়ি; মরমদুনা মখোয়না ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণবু ভগবৎ-স্বরূপ পুম্নমক্না খোরককম্নি হায়বা খঙদুনা লাংচৈ।

## শ্লোক ৪৩

### সুত উবাচ

**কৃষ্ণ এবং ভগবতি মনোবাগ্‌দৃষ্টিবৃত্তিভিঃ।**
**আত্মন্যাত্মানমাবেশ্য সোহন্তঃশ্বাস উপারমৎ ॥ ৪৩ ॥**

শব্দার্থ

সূতঃ উবাচ—শ্রীসূত গোস্বামীনা হায়রম্মী; কৃষ্ণে—ভগবান্ কৃষ্ণদা; এবম্—অসুম্না; ভগবতি—ভগবান্দা; মনঃ—পূক্নীং; বাক্—থাহৈ; দৃষ্টি—মীৎয়েং; বৃত্তিভিঃ—থবকশিংনা; আত্মনি—পরমাত্মাদা; আত্মানম্—জীবাত্মা; আবেশ্য—চঙহন্দুনা; সঃ—মহাক; অন্তঃশ্বাসঃ—সোর হোন্‌জন্দুনা; উপারমৎ—থরায় থাখি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীসূত গোস্বামীনা হায়রম্মী—মতৌ অসুম্না পরমেশ্বর ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণ পরমাত্মাদুদা পূক্নীং, থাহৈ, মীৎয়েং অমদি ইন্দ্রিয়গী থবক পুম্নমক্না লোয়ননা মশাবু ভীষ্মদেবনা লুপশনহন্‌খি অদুগা সোর হোন্‌জল্লগা থরায় থাখি।

নৈনরোল

দেহ থাদোক্লমদাইদা ভীষ্মদেবগী ওইখিবা ফীভম মতাঙদু নির্ব্বিকল্প সমাধি কৌয়ি মরমদি মহাক্না আত্মাদু ভগবান্‌গী থাখন্দা লুপহনখি অদুগা মপূক্নীংদুবু ভগবান্‌গী লীলা ময়াম নীংশিংবদা লুপহন্‌খি। মহাক ভগবান্‌গী গুণ-কীর্ত্তন তৌরম্মী অদুগা মমীংনা ভগবান্ মশামক্তপু মমাঙদা উবা হৌরম্মী, মতৌ অসুম্না মাগী থবক পুম্নমক ভগবান্দা লুপশন্‌হল্লয়ে, মপূক্নীং অমা অমদা চোইরমজ্রে। মসি সিদ্ধ-অবস্থাগী থমথেংবা মতাঙনি। মসি মীপুম খুদিংনা ভক্তিমার্গগী সাধন তৌরগা ফংবা য়াগনি। ভগবান্দা ভক্তিসেবা তৌবগী অঙ্গ মাপন্নি, মখোয়দুদি (১) শ্রবণ (নাকোঙনা তাবা); (২) কীর্ত্তন (শোন-শকপা); (৩) স্মরণ (নীংশিংবা), (৪) চরণ সেবা; (৫) পূজন; (৬) বন্দন (প্রার্থনা); (৭) দাস্য (মনাই ওইবগী মতৌ); (৮) সখ্য (মরূপ ওইবা); (৯) আত্মনিবেদন (ইশাবু কংথোকপা)। মখোয়সিগী অমনা নত্রগা পুল্লপা ওইরবদু ভক্তদুগী অপাম্বা ফল অদু পীবা উম্মী; অদুমদি ওইরগা ভক্তি-অঙ্গদু অখণ্ড-অহৈ গুরু অমগী মতেঙ লৌদুনা তত্তনা সাধন তৌবা

তাই। অজপুম্নমক্কী মনুংগুদা খ্বাইগী অহান্‌বদা পল্লিবা অঙ্গ শ্রবণ হায়বসিনা মরু ওইবা পুঙ্‌চেল হেল্লী; মরমদুনা ভীষ্মদেবগী পোলোই অসিগুম্বা ফংগে হায়না পুক্নীং-থুংবা সাধক ভক্তশিংগীদমক্তি ভগবদ্গীতা মথঙদা শ্রীমদ্ভাগবতম্‌ শ্রবণ তৌদবা য়াদবনি। কনাগুম্বনা মমাঙদা শ্রীকৃষ্ণ মশামক লেপ্লদ্রবসু ভীষ্মদেবগী শিরমদাইগী মতমদা ওইখিবা অঙকপা ফীভমদু ফংবা ঙম্বা য়াই। ভগবদ্গীতাদা হায়খিবা ৱাহৈগা শ্রীমদ্ভাগবতম্‌দা হায়বা ৱাহৈগা ভগবান্‌গদি অমতনি। ৱাহৈশিংদু ভগবান্‌গী শব্দ-অবতার (খোম্বোক) ওাক্লি। অদুনা মী অমনা হেক্তা ফজনা ৱাহৈশিংদুবু শীজন্নবা য়াগনি, অদু ওইরবদি মহাকন্থ অষ্টবসুগী মনুংদা বসু অমা ওইরিবা ভীষ্মদেবগী ফীভম অদু ফংবা য়াই। মী খঙদে শা খঙদে জীব খুদিংমক পুন্সিগী মতাং অমদা শিগদবা ওাক্লী; অদুবু ভীষ্মদেবদোনা শিরবদি মুক্তি ফংগনি, অদু নত্তদুনা প্রকৃতিগী ৱায়েল্লা নমক্‌ ফুজল্লকপনা শিবা তারবদি শিরিবা মীদো শা অমগুম্বা শিগনি। মদুদনি মীগা শাগা থেন্নবা হায়বদু। মীগুই মপোক অসি থোইদোকপা অমা ওইনা ভীষ্মদেবগুম শিবা ফংননবগীদমক্তি।

শ্লোক ৪৪

**সম্পদ্যমানমাজ্ঞায় ভীষ্মং ব্রহ্মণি নিষ্কলে।**
**সর্ব্বে বভূবুস্তে তূষ্ণীং বয়াংসীব দিনাত্যয়ে ॥ ৪৪ ॥**

শব্দার্থ

সম্পদ্যমানম্‌—তিন্‌থ্রবা; আজ্ঞায়—অদু খঙলবা মতুংদা; ভীষ্মম্‌—শ্রীভীষ্মদেববু; ব্রহ্মণি—পরব্রহ্মদা; নিষ্কলে—ঙমখৈনাইদবা; সর্ব্বে—লৈরম্বা মী পুম্নমক; বভূবুঃ তে—মখোয় লোইনা ওইখি; তূষ্ণীম্‌—তুমীন্‌ লৈবা; বয়াংসি ইব—উচেকশিংগী মতৌ গুম্না; দিন-অত্যয়ে—মুংথিল লোইরবদা, মুমীৎ তারবদা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ভীষ্মদেবদু ঙমখৈ-নাইদবা পরব্রহ্মদা তিনখ্রে (লীন ওইখ্রে) হায়বা খঙলদুনা লৈরম্বা মী পুম্নমক মুমীৎ তারবদা উচেকশিংনা তুমীন্‌ লৈবগুম্না তুমীন তুমীন্‌ লৈনখি।

নৈনরোল

ঙমখৈ-নাইদবা নিত্যব্রহ্মদা তিন্‌বগী অর্থদি জীবনা মশাগী হৌরকফম ময়ুমদা হন্‌বা হায়বনি। জীবশিংসে অদ্বয়তত্ত্ব পরমেশ্বর ভগবান্‌গী অংশ ওাক্লি; মরমদুনা মখোয় মতমপুম্বদা ভগবান্‌গা সেবা-সেবক ওইবগী সম্বন্ধদা লৈবনি। মপুঙনবা যন্ত্র (মেসিন) অমবু মাগী শরুক ওইবা মপোৎ-মচৈশিংনা সেবা তৌবগুম ভগবান্‌বু মাগী অংশ-কলাশিংনা সেবা তৌয়ি। যন্ত্র মপুমদগী লোথোরকপা মপোৎ মচৈদু অমুক কান্নদ্রে। মতৌ অদুগুম্না অদ্বয়তত্ত্ব ভগবান্‌গী অংশ অমবু ভগবান্‌গী সেবা তৌহন্দ্রবদি অংশদু করিমতা কান্নদ্রে। প্রাকৃত জগৎতা লৈরিবা জীবশিংসে মপুম ভগবান্দগী চোইথোক্লবা অংশ ওাক্লি অদুনা মপুমগা পুল্লিঙৈগী হান্নগী ওইরম্বা অংশশিংগুম্না কান্নবা হায়বদু ওইদ্রে। অদুম ওইনমক মপুম শাগৎপদা য়াওবা শরুকুম্না লৈবা নিত্য-মুক্ত ওইবা জীব ময়াম অমসু লৈরি। মপুম ভগবান্দগী চোইনা তারক্লবা শরুক জীবশিংবু দুর্গা-শক্তি হায়বদি কৈগুম-শঙগী শঙলাকপী কৌবী ভগবান্‌গী অপরা শক্তি (প্রকৃতি) অদুনা য়েংশিন্‌বগী দাই পুই। মতৌ

অসুম্না জীবশিংনা প্রকৃতিগী নিয়ম মথাদা মায়াবদ্ধ ওই। বদ্ধ ওইরে হায়বসি জীবনা খণ্ডলকপা মতমদা ময়ুমদা, ভগবানগী নাক্তা হল্লনবা হোৎনৈ; মতৌ অসুম্না জীবনা আত্মাগী আকারম থিনিংবা হৌই। অকারম থিবসিবু ব্রহ্ম জিজ্ঞাসা হায়বদি ব্রহ্মগী মরম খণ্ডনীংবা (অদুনা হংজিনবা) কৌই। মরু ওইনা ব্রহ্ম জিজ্ঞাসা পাঙথোকপদি জ্ঞান (খণ্ডবা), বৈরাগ্য (থাদোকপা) অদুনা ভগবানদা ভক্তি সেবানা পাম্বৈ ওইরগা পাঙথোক্কনি। জ্ঞানগী ( খণ্ডবগী ) অর্থদি পরব্রহ্মগী মরম খুদিংমক খণ্ডবা হায়বনি, থাদোকপা (বৈরাগ্য) হায়বনা প্রকৃতিবু পামদবা হায়বনি; অদুগা ভক্তি-সেবা হায়বনা জীবগী হৌরকফম অদু অভ্যাস তৌদুনা নৌহোৎহনবা হায়বনি। মদুম্না হোৎনরগা পরতত্ত্ব ভগবান্‌গী ধামদা চঙবগী মতীক চাবা ওইরবা মায়পাক্লবা জীবশিংবু জ্ঞানী, যোগী অদুগা ভক্ত হায়না কৌই। জ্ঞানীগা যোগীগদি পরমেশ্বর ভগবান্‌গী নির্ব্বিশেষ জ্যোতিদা (মঙান্দা) চঙঙী, অদুগা ভক্তশিংদি বৈকুণ্ঠ কৌবা চিন্ময় লোক অদুদা চঙঙী। বৈকুণ্ঠ লোকশিংদা পরমেশ্বর ভগবান্না নারায়ণ ওইদুনা পাল্লী; মায়ামুক্ত ওইরবা জীবশিংনা দাস্য, সখ্য, বাৎসল্য অমদি কান্তা রসদা ভগবান্‌বু প্রেম সেবা তৌই। মফমসিদা মায়ামুক্ত ওইবা জীবশিংনা ভগবান্‌গা লোয়ননা নীঙ-খা তম্না পুন্সি মুংঙাইনা লেল্লী, অদুগা নির্ব্বিশেষবাদী জ্ঞানীশিং অমদি যোগীশিংনা বৈকুণ্ঠলোকশিংগী মঙান্দা চঙদুনা তিল্লী। বৈকুণ্ঠ লোক পুম্নমক সূর্যালোকতৌনা মথন-মথক্তা ঙানবা ঙাক্লি। বৈকুণ্ঠলোকশিংগী মঙানবু ব্রহ্ম-জ্যোতি কৌই। ব্রহ্মজ্যোতিসি ভমখৈ লৈতবমখৈ পাক-শন্না শনবীনি। প্রাকৃত জগৎসি ব্রহ্মজ্যো-তিসিমক্কী কুপশল্লবা করিস্থ লৈতবা শরুক মচা অমতনি। কুপশল্লিবসি মতম কুইবগী নত্তে, অদুনা মসি মায়া মখল অমনি।

ভীষ্মদেবনা ভগবান্‌গী শুদ্ধ ভক্ত অমা ওইনা বৈকুণ্ঠ লোক অমগী মনুঙদা চিন্ময় ধামদা চঙখি; মফমদুদা ভগবান্‌গী পার্থ সারথি ওইবা নিত্য রূপতা মতম পুম্বদা ভগবৎ-সেবা তৌরিবা মায়ামুক্ত জীবশিংগী মথক্তা পাল্লি। ভীষ্মদেবগী রাফমসিদা ভগবানগা ভক্তগা অনীবু পুল্লিবা প্রেম হায়বদু উৎলি। ভীষ্মদেবনা ভগবান্‌গী পার্থ সারথি রূপ অদুবু কদৌঙৈদসু কাউথিদে অদুগা মহাক্না চিন্ময় ধামদা চৎলমদাইদা ভগবানসু মহাক্কী মমাঙদা মশামক লেপ্পুনা লৈখি। মদুনি পুন্সিগী মহৈ য়ানবা হায়বদু।

## শ্লোক ৪৫

**তত্র দুন্দুভয়ো নেদুর্দেবমানববাদিতাঃ।**
**শশংসুঃ সাধবো রাজ্ঞাং খাৎপেতুঃ পুষ্পবৃষ্টয়ঃ॥ ৪৫॥**

### শব্দার্থ

তত্র—মতমদুদা; দুন্দুভয়ঃ—পুঙজাও ময়াম; নেদুঃ— নিল্লম্মী; দেব—ডতৈ লোকশিংদগী লাকপা লাইয়াম; মানব—দেশ পুম্নমক্তগী লাকপা মীনা; বাদিতাঃ—য়ৈরবা; শশংসুঃ—থাগৎলম্মী; সাধবঃ—সাধুশিংনা; রাজ্ঞাম্—নিংথৌশিংগী মরক্তগী; খাৎ—অতিয়াদগী; পেতুঃ—তারকখি; পুষ্পবৃষ্টয়ঃ—লৈ খিকথবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতমদুদা স্বর্গদা দেবতাশিংনা অদুগা মর্ত্তদা মীশিংনা য়ৈরম্বা পুঙখোল্লা নিল্লম্মী। নিংথৌশিংগী মরক্তা য়াওরম্বা সাধু-পুকচেল-চেনবা নিংথৌশিংনা মহাত্মা ভীষ্মবু থাগৎলম্মী, অদুগা নোংদোনদগী লৈগী নোং থিক্লরম্মী।

## নৈনরোল

ভীষ্মদেববু দেবতাশিংনসু মীশিংনসু সম্মান উৎখি। পৃথিবীদা অদুগা ভূঃ অমসুং ভুবঃ-গীদা লৈবা পৃথিবী গুম্বা লোক অতৈদা মীওইবা জাতিনা লৈ, তৌইগুম্বসুং দেবতাশিংদি স্বঃ-দা হায়বদি স্বর্গগী লোক-শিংদা লৈ। দেব-মানব পুম্নমক্না ভীষ্মদেববু অচৌবা লাল্লোয় অমনি হায়বা অদুগা ভগবানগী ভক্ত অথোইবা অমনি হায়বা খঙলম্মী। মহাক মীওইবা জাত্তা পোক্লবসু, মহাজন (authority) অমা ওইনা ব্রহ্মা, নারদ অমসুং শিব-খোয়গা পাংখক্নি। পারমার্থিক সিদ্ধি ফংবগা দেবতাশিংগী গুণ মান্নবা চেনগদৌরিবনি। মতৌ অসুম্না ভীষ্মদেব বিশ্বব্রহ্মাণ্ডশিংদা খঙনরম্মী। মহাক্কী মতমদা গ্রহলোক অমদগী অমদা কোয়বা য়ারম্বগী পাম্বৈদু মেচিনগী দোলাই অপাইবীনা হোৎনবদা গুমদ্রিবা পাম্বৈদগী হেন্না কজরম্মী। অরাম্নগী গ্রহলোকশিংদা ভীষ্মদেব লৈতবগী পাও খঙহল্লবদা অরাংবা গ্রহলোকবাসী পুম্নমক অদুগা মর্ত্তলোকবাসী পুম্নমক লৈখিদ্রবা মহাত্মাদুদা সম্মান পীবা ওইনা নোংচুবদৌনা লৈ চাইথরম্মী। স্বর্গদগী লৈ চাইথরম্বসি দেবতাশিংনা ভীষ্মগী শক খঙবগী থুদম্লি; মসি শিরবা মীগী দেহথক্তা লৈগী লৈতেং তৌবদুগা কদৌঙৈদসু চাংদম্নগদবা নত্তে। ভীষ্মদেবগী দেহদি চিন্ময় অনুভূতিনা হানগ্রবনিনা প্রাকৃত ওইবগী শরক পুম্নাঙ মাঙদ্রে। মাগী দেহদু চিন্ময় ওইবদি য়োৎনা মৈগা শম্নরগা ভাংশঙ ভাঙবগুম্না ওইবনি। মরমদুনা আত্মানুভূতি তৌরবা মীগী দেহদি প্রাকৃতনি হায়না লৌনদে। অসিগুম্বা চিন্ময় দেহগীদমক্তি বিশেষ ওইবা মওংদা জয়ন্তী উৎসব পালন তৌনৈ। ভীষ্মদেববু খঙবা অমদি ইকাই খুম্নবা উৎপসি খুংশেমগী মওংদা মতৌ তমগদৰা নত্তে। হৌজিক কালদদি মীচম অমগীদমকসু জয়ন্তী উৎসবকা হায়না পঙতৌ তৌনৈ। মীচম অমগীদমক মহাকপু য়াম্না বাংনা থাংগৎতুনসু—জয়ন্তী পালন তৌবদি ভগবান্‌গী মকমদা অপরাধ তৌবনি হায়না শাস্ত্রনা হায়, মরমদি জয়ন্তী হায়বসিদি ভগবান্না মালেম থক্তা আবির্ভাব ওইবা নুমীৎকীদমক্নি। ভীষ্মদেবদি তৌথোরকপা থবক খুদিংদা খ্বাইদগী থোইদোকই অদুগা ভগবান্‌গী ধামদা মানা চৎখিবসু খ্বাইদগী থোইদোকপা মওংদনি।

### শ্লোক ৪৬

**তস্য নির্হরণাদীনি সম্পরেতস্য ভার্গব।**
**যুধিষ্ঠিরঃ কারয়িত্বা মুহূর্তং দুঃখিতোঽভবৎ ॥ ৪৬॥**

### শব্দার্থ

তস্য—মহাক্কী; নির্হরণ-আদীনি—পোলোইবনচিংবা; সম্পরেতস্য—অশিবা হকচাঙগী; ভার্গব—হে ভৃগুমুনিগী খারা (শৌনক); যুধিষ্ঠিরঃ—মহারাজ যুধিষ্ঠির; কারয়িত্বা—তৌরগা; মুহূর্তম্—মীৎকুপ অমতং; দুঃখিতঃ—বাবা; অভবৎ—ওইখি।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ওহে ভৃগুমুনিগী খারা (শৌনক), ভীষ্মদেবগী অশিবা হকচাঙদু পোলোইবা লোয়রগা যুধিষ্ঠির মহারাজনা মীৎকুপমূক থরায় নুংঙাইখিদে।

নৈনরোল

ভীষ্মদেবত্ন মহারাজ যুধিষ্ঠিরখোইগী পরিবার লাইগুরু অহন অমা ওইবতা নত্তনা মহাক্নী, মচিম্ননাওশিংগী অমদি মমাবেম্মাগী মকমদা অচৌবা দার্শনিক অমা অত্তুগা মরূপ অমসু ওইরম্মী। মহারাজ যুধিষ্ঠির-নচিংবা মচিম্ননাও মঙাবু পোকপা মহারাজ পাণ্ডু শিথিরম্বা মরম্না ভীষ্মদেবত্ন পাণ্ডবশিংবু য়াম্না লুনা মুংশিনা নীংবা মবুধো অমা ওইথি অত্তুগা লুপ্লাবী মমৌ কুন্তীদেবীগী অভিভাবক অমা ওইরম্মী। মহারাজ যুধিষ্ঠিরগী মপাবুংহল মহারাজ ধৃতরাষ্ট্রনা মখোয়বু য়েংবিরম্মীদি হায়ববু দুর্যোধনচিংবা মচামুপা চামবু খিৎ চেন্না মুংশিরম্মী। মমৈদদি মপা-লৈত্রবা মচিম্ননাও মঙাবু মখোয়গী কংকম থোকপা হস্তিনাপুর রাজ্য কংহন্দনবা য়াম্না কল্লা লৌতুনখি। য়াম্না কল্লা লৌতুনবসি নিংথৌকোনগী হৌনবী তোয়না থোকনবনি। মচিম্ননাও মঙাবু বনবাসগীদমক থাদোকখি। অত্তুবু ভীষ্মদেবদি যুধিষ্ঠিরগী মকমদা থম্মোয় শেংনা য়াইফনবা-থন্‌বা মী অমা, দার্শনিক অমা, মরূপ অমা ওইবদি মতম পুম্বদা শিত্রিবকাওবা ওইরম্মী। মহাক মহারাজ যুধিষ্ঠিরনা সিংহাসনদা কাবত্ন উবা কংবনা থরায় য়াম্না মুংঙাইনা শিথি, নত্রগদি পাণ্ডবশিংনা কংকম-থোক্তবা অরাবা কোঙায় নংলম্বত্ন য়েংহুনা রাগদবগী শরুকপুদি মাগী পঞ্চভূতকী দেহত্ন আঃ মমাঙদা থাদোক্নুনা চংলমগদৌবনি। মহাক খুদোং-চাবা পুঙকমত্নদবু ঙাইহরম্লিবনি, মরমদি পাণ্ডুগী মচামুপাশিংত্ন শ্রীকৃষ্ণনা মখোয়গী ঙাকশেন্‌বা ওইবনিনা শোয়দনমক কুরুক্ষেত্রগী লান্‌কমদা লানুঙম-কীরান্ থেৎলগনি হায়বত্ন মহাক খঙলম্মী। ভগবন্তক্তদি কদৌঙৈদসু মায়থীবা কংলোই হায়বসি মহাক ভক্ত অমা ওইনা খঙলম্মী। ভীষ্মদেবনা মখোয়গী য়াইফনবা নিংভি হায়বসি যুধিষ্ঠিরসু চপ চানা খঙলম্মী, মরমত্না ভীষ্মগা কায়নরম্বত্নদা যুধিষ্ঠির য়াম্না থম্মোই শোকখি। মহাক্না রারম্বদি মহান্ আত্মাগা কায়নরে হায়বগীদমক্লি, ভীষ্মদেবনা থাদোক্লম্বা প্রাকৃত দেহত্নগীদমক নংথিদে। ভীষ্মদেবত্ন মুক্তাত্মা ওইরবসু মাগীদমক অন্ত্যেষ্টিক্রিয়াত্ন তৌদবা য়াদবা ক্রিয়ানি। ভীষ্মদেবদি মচা পোক্লমদবনিনা মশুনুপা অহন মহারাজ যুধিষ্ঠিরনা ক্রিয়াসি তৌবগী অধিকার-লৈবা মী হায়বত্ন থোক্লম্মী। মহাত্মা অমগী অন্ত্যেষ্টিক্রিয়া পরিবারগী অচৌবা মচাথারা অমনা তৌবসি ভীষ্মদেবগী মকমদা বর অচৌবা অমনি।

শ্লোক ৪৭

**তুষ্টুবুর্মুনয়ো হৃষ্টাঃ কৃষ্ণং তদ্গুহ্যনামভিঃ।**
**ততস্তে কৃষ্ণহৃদয়াঃ স্বাশ্রমান্ প্রযযুঃ পুনঃ॥ ৪৭॥**

শব্দার্থ

তুষ্টুবুঃ—পেল্লম্মী; মুনয়ঃ—মুনিশিং; হৃষ্টাঃ—হরাওরম্বা; কৃষ্ণম্—পরমেশ্বর ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণবু; তৎ—মহাক্নী; গুহ্য—অথুপ্পা; নামভিঃ—মিংথৈশিংনা; ততঃ—মতুঙদা; তে—মখোয়; কৃষ্ণহৃদয়াঃ—কৃষ্ণবু থ্বাদিদা চেংনা থম্লিবা; স্ব-আশ্রমান্—মশা মশাগী আশ্রমদা; প্রযযুঃ—হন্‌থিরম্মী; পুনঃ—অমুক হন্না।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মুনিশিংনা মথরায় মুংঙাইনা কৃষ্ণবু বেদদা হায়বা অথুপ্পা মিংথৈ শোম্না শোম্না স্তব তৌথি। মতুঙদা কৃষ্ণবু থ্বাদিদা চেংনা থম্লগা মখোয় মখোয়গী আশ্রমদা অমুক হন্‌থি।

### মৈনরোল

ভগবদ্ভক্তশিংদি মতম পুম্নমক্তা ভগবান্গী হৃদি-দুংদা লৈ অদুগা ভগবানসু মতম পুম্নমক্তা ভক্তশিংগী হৃদি-দুংদা ভাম্বোইহুনা লৈ। মদুনি ভগবান্গা মাগী ভক্তশিংগগী মরক্তা লৈনরিবা মধুর সম্বন্ধ। ভগবান্গী মকমদা মক্ত্রবা প্রেম-ভক্তি লৈবা মরম্না ভক্তশিংনা ভগবান্বু মখোয়গী থম্মোয়-দুংদা ভত্তুনা উজে; অদুগা ভগবাম্না মাগী করিগু তৌনভাই মত্রগা পাম্নভাই লৈত্রবসু মাগী ভক্তশিংগী য়াইফনবা য়েংশন্‌বদা থবক চিন্দুনা মতম পুম্বদঃ লৈ। জীব খুাইগীদমক্তি প্রকৃতিনা মখোয়গী কর্ম অমসুং কর্মফল ফংহম্নবা থৌম্নাংহুনা লৈ, ভগবাম্না মাগী ভক্তশিংবু অচুম্বা লম্বীদা থম্নবগীদমক থোয়রাংভী। মম্নমদুনা ভক্তশিংবুদি ভগবান্ মশামক্লা ভাকশেন্বী। ভগবান্সু মশামক্লা মশামকপু মাগী ভক্তশিংতগী ভত্তাবধান-দা থম্মী। অদুনা ব্যাসনচিংবা মহর্ষি পুম্নমক ভগবান্গী ভক্ত ভাক্তনি, অদুনা ভীষ্মগী অন্ত্যেষ্টি-ক্রিয়া লোইরবা মতুংদা মকমতুদা ঘাওরম্নিবা ভগবান্বু পেলহম্নবা হায়দুনা বেদমন্ত্র শাকশোম্দুনা স্তব তৌরম্নিখনি। বেদমন্ত্র পুম্নমক শ্রীকৃষ্ণবু পেলহম্নবগীদমক শকপনি। মসি ভগবদ্গীতানসু হায়রিখনি (১৫।১৫)। বেদশিংনে, উপনিষদ্‌শিংমে, বেদান্তনচিংথমে শ্রীকৃষ্ণবুতা থিরিবনি, অদুনা মন্ত্র পুম্নমক মহাকপু স্তব তৌনবগীদমক্তি। মরমদুনা, মুনিশিংনা থবক-মরম চপচানা তৌরম্নিবনি, অদুনা দুংভাইনা মখোয় মশা মশাগী আশ্রমদা হুম্নম্বনি।

### শ্লোক ৪৮

**ততো যুধিষ্ঠিরো গত্বা সহকৃষ্ণো গজাহ্বয়ম্।**
**পিতরং সান্ত্বয়ামাস গান্ধারীং চ তপস্বিনীম্ ॥ ৪৮ ॥**

### শব্দার্থ

ততঃ—অদুগী মতুংদা; যুধিষ্ঠিরঃ—মহারাজ যুধিষ্ঠিরনা; গত্বা—চৎতুনা; সহকৃষ্ণঃ—শ্রীকৃষ্ণগা লোয়ননা; গজাহ্বয়ম্—গজাহ্বয় (হস্তিনাপুর) কৌবা কোম্নুংদা; পিতরম্—মপাবুংহনবু (ধৃতরাষ্ট্রবু); সান্ত্বয়ামাস—থেম্‌জল্লম্মী; গান্ধারীম্—ধৃতরাষ্ট্রগী মুপীবু; চ—অমসুং; তপস্বিনীম্—লাইনিং চেৎপী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অদুগী তুংদা, মহারাজ যুধিষ্ঠিরনা খুনক্তা 'হস্তিনাপুর' কোম্নুংদা শ্রীকৃষ্ণগা লোয়ননা চৎলগা মপাবুংহন অমসুং মন্নান্ ইবেম্মা তপস্বিনি গান্ধারীগবু পুক্নীং-থাবা কোক্নবা থেমজল্লম্মী।

### মৈনরোল

দুর্যোধনচিংবা মচিম্নাও চামাগী মপাবুং অমসুং মমাবেম্মা, ধৃতরাষ্ট্রগা গান্ধারীগা অনীসি মহারাজ যুধিষ্ঠিরগীদি মপাল অমসুং মন্নান্-নি। কুরুক্ষেত্রগী লান মতুংদা ইরাৎনভাই ওইরবা মপু-মনাই অনীদু মচা-মশু লোইনমক শিগ্রবনিনা মহারাজ যুধিষ্ঠিরনা য়েংলম্মী। মখোয় অনীমক পুন্সিগী অমাঙবা অচৌবা অমা থোকপগী চিন্তাবা মনক লোম্নম্মী; থাজৈমক শেংবদি মখোয় তপস্বী অমসুং তপস্বিনীগী পুন্সি লেম্নয়ে। ধৃতরাষ্ট্রগী মপাল ভীষ্মদেব লৈখিদবগী প্নাওদু নিংথৌ মহারানীগী থম্মোয় য়োনা শোকখি; মরমদুনসু মখোয়গী বারম্বা থম্মোয়দু ঈংনবা মহারাজ যুধিষ্ঠিরনা থেমজনুনা

তাথি। মহারাজ যুধিষ্ঠিরহ্ মথৌ খঙজী, অদুনা মহাক খুদক্তা মকমহ্ ভান্না শ্রীকৃষ্ণগা লোয়নননা চংলম্মী, মচা-মনাপা অমসুং ধৃতরাষ্ট্রবু কৃষ্ণনা মখোয়গী চঙলা মুংশিরবা মাংহনা থেমজন্থি।

গান্ধারীদেবীহ্ মপুরোইবা-নীংবী মুপী অমা ওইনা লৈরম্লকহ্ শক্তিচেন্বী তপস্বিনি অমনি। মপুরোইবনা মীৎ উদে হায়রহ্না মশামক্না মহাক্না মীৎ খুমজন্লমী হায়রনে। ভার্য্যা ওইবী অমগী মথৌদি মপুরোইবগী মোয়োই পুঙইন্-ইন্বনি। মপুরোইবগী মকমদা শাক্তাগী কম্বামূক শেংনা চংলম্লগে হায়রবু মপুরোইবনা মপোক্পমগী মীৎ তাঙবগুম মহাকহ্ তাঙহুনা লৈবগুম লেল্লমী। মরমসিনা মহাক্না তৌমোরকপদা মহাক তপস্বিনি অচৌবী অমনি। অহুদগী হেন্দোক্লুনা, মচা চামা পূল্লপ মশূশিংগা লোয়না হাংথিবা মরম্না মাগী থম্মোয়দা পান্থিবা চৈনাহ্ তশেংনমক মুপী ওইবী অমনা থাঙবদা বানভাইনি। অহুবু মহাক্তি মহ্পুম্বা তপস্বিনিগুম্না থাঙবা ঙমথি। গান্ধারীহ্ মুপী ওইরবসু মরমচংতদি ভীষ্মগুম্বনি। মখোয় অনীমক মহাভারতম্দা শীংথানঙাই ওইব। মীতা ঙাক্নি।

**শ্লোক ৪৯**

**পিত্রা চানুমতো রাজা বাসুদেবানুমোদিতঃ।**
**চকার রাজ্যং ধর্ম্মেণ পিতৃপৈতামহং বিভুঃ॥ ৪৯॥**

শব্দার্থ

পিত্রা—মপাবুং ধৃতরাষ্ট্রনা; চ—অমসুং; অনুমতঃ—য়াবিরবা; রাজা—যুধিষ্ঠির নিংথৌ; বাসুদেব -অনুমোদিতঃ—শ্রীকৃষ্ণনসু য়াবিরবা; চকার—তৌথি; রাজ্যম্—লৈপাক; ধর্ম্মেণ—নিংথৌগী মথৌ মতুঙ ইন্না; পিতৃ—মপা; পৈতামহম্—মপু; বিভুঃ—অচৌবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অহুগী মতুঙদা, ধর্ম্মচেনবা মহারাজ যুধিষ্ঠিরনা মপাবুং ধৃতরাষ্ট্রনা অমসুং শ্রীকৃষ্ণনা য়াবিরহুনা মপা-মপুগী লৈবাক্তু ধর্ম্মগী মথক্তা তোংহনা ঙাকথি।

নৈনরোল

মহারাজ যুধিষ্ঠির থাজনা খোমগৎপদমক তৌরমদে। মহাক মতম পুম্বদা নিংথৌ অমা ওইনা তৌগদবা মথৌ খঙলম্মী; নিংথৌগী মথৌদি মপা অমনা মচাদা নত্রগা দীক্ষাগুরুনা সেবক অমদা তৌবা মথৌহ্গুম্বনি। সামাজিক, রাজনৈতিক, অর্থনৈতিক অমদি পারমার্থিক মায়কৈ-শিংদা ওইকম থোকপা অকারমশিংগী মায়কৈ পুম্নমক্কী য়েংহনা নাগরিকশিংগী য়াইফনবগীদমক য়েংশনগদবনি। মীওইবগী পুন্সিদি মায়া-বন্ধনগী আত্মাবু অরান্-খুভম ফংহনবগীদমক্নি হায়বসি নিংথৌনা খঙগদবমক্নি; মরমহুনা মাগী মথৌদি প্রজাশিংনা মায়াদগী মুক্তি ফংননবগীদমক কৃপা য়েংশন্বীবসিনি।

মহারাজ যুধিষ্ঠিরনা হায়রিবা ধর্ম্মনীতিশিংসি চপচানা ঙাক্লমী হায়বহ্ মথঙগী অধ্যায় য়েংলগা খঙগনি। মহাক্না নীতিশিংহ্ চেংনা ইল্লম্বদা নত্তনা, মপল ইবুংঙো রাজনৈতিক অভিজ্ঞতা লৈরবনসু অহুগা ভগবদ্গীতাগী বক্তা ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনসু অনুমোদন পীরম্বনি।

মহারাজ যুধিষ্ঠির আদর্শ রাজানি, নীংথিনা শিক্ষাদীক্ষা কংলবা মহারাজ যুধিষ্ঠিরগুম্বা নিংথৌগী মথাদা চৎপা রাজতন্ত্রনা হৌজিকালগী প্রজাগীদমক প্রজানা শাসন তৌবা হায়বা মওংগী প্রজাতন্ত্রদগী য়াম্না হেন্নৎপা মওংগী শাসনতন্ত্রনি। মীচম প্রজা অয়াম্বদি, থোইদোক হেন্দোক্না কলিযুগ অসিদদি, শূদ্র ওইনা পোকপনি, মথোয় মী-মচা ওইনা পোকপনি, শিক্ষা-দীক্ষা নীংথিনা কংদবনি, লাইবকথীবনি অমুগা সজ-ফত্তবা ওয়ানি। পুন্সি-পান্দম খুদইদগী বাংবদি মুক্তি হায়বসুনি হায়বসু মথোয় খঙদে। মরমসুনা, মথোয় অসিগুম্বা ভোট অমুদি মমল-য়াওদবনি। দায়িত্ব-খঙদবা মীতাং শিংনা পীরগা খল্লৎলকপা মীতাশিংনা মহারাজ যুধিষ্ঠিরগুম্বা দায়িত্ব-খঙবা মীচুং ওইবা ঙমদে।

অস্তুম্না ব্রহ্ম সূত্র ভাষ্য শ্রীমদ্ভাগবতম্গী অহানবা স্কন্দা ভীষ্মদেবনা সংসার থাদোকপা কৌবা মাপলগুবা অধ্যায় লোইরে।

★★★

# আদি স্কন্ধ

## তরাশুবা অধ্যায়

### শ্লোক ১

**শৌনক উবাচ**

**হত্বা স্বরিক্থস্পৃধ আততায়িনো যুধিষ্ঠিরো ধর্ম্মভৃতাং বরিষ্ঠঃ।**
**সহানুজৈঃ প্রত্যবরুদ্ধভোজনঃ কথং প্রবৃত্তঃ কিমকারষীত্ততঃ॥ ১ ॥**

### শব্দার্থ

শৌনকঃ উবাচ—শৌনকনা হংলম্মী; হত্বা—হাৎলগা; স্বরিক্থ—আইন মতুং ইন্না ফংফম থোকপা স্বত্ব; স্পৃধঃ—মুন্নীংবা; আততায়িনঃ—য়েক্কবশিং; যুধিষ্ঠিরঃ—যুধিষ্ঠিরনা; ধর্ম্মভৃতাম্—ধর্ম্ম য়োকপ-শিংগী মরক্তা; বরিষ্ঠঃ—খ্বাইদগী থোইবা; সহ-অনুজৈঃ—মনাওশিংগা লোয়ননা; প্রত্যবরুদ্ধ—অকক্লবা; ভোজনঃ—চাবা; কথম্—মতৌ করম্না; প্রবৃত্তঃ—চঙশীল্লম্বা; কিম্—করি; অকারষীৎ—তৌরম্বগে; ততঃ—অদুগী তুংদা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শৌনক মুনিনা হংখি—ফংফম থোকপা স্বত্ববু মুন্নগা লৌনীংলম্বা য়েক্কবশিংবু হাৎলগা ধর্ম্ম-য়োকপ-লক্তা মকোক ওইরিবা মহারাজ যুধিষ্ঠিরনা মনাওশিংগা লোয়ননা করম্না প্রজা-শাসন তৌরম্মী। লেপ্পমক মহাক অপন-অয়াক য়াওদবমখৈ মাগী রাজ্যদু মনীঙ তম্না ভোগ তৌরম্লিরোই।

### নৈনরোল

ধর্ম্ম য়োকপা মীতায়লক্তা মহারাজ যুধিষ্ঠিরদু খ্বাইদগী থোইরম্মী। মরমসিনা মহাক রাজ্যভোগ তৌনবগীদমক্তা মচিন্নমাও থোকপশিংগা লাম্বেংনীংলমদে; মহাক্না লান তৌথিবদি অচুম্বা মরমগীদমক্তি মরমদি হস্তিনাপুর রাজ্যদু মহাকী অচুম্বা সত্বনি অদুগা মচিন্নমাও থোকপশিংনা মথোয়গী ওইগে হায়দুনা লৈপাক মুন্নীংখি। মরমদুনা মহাক্না শ্রীকৃষ্ণগী লমজিংদা অচুম্বা মরমগীদমক লান তৌখি, অদুবু লানগুম্বগী ফল অদুদা নুংঙাইবা ফংখিদে মরমদি মচিন্নমাও থোকপশিংদুবু লান্দা লোইনা হাৎখরে। মরমদুনা মহাক্না লৈপাক শাসন তৌরম্বদি মথৌনি হায়রবগী অদুক তৌরম্বতনি, মনাও-শিংনা মাবু তেংবাঙখি। শৌনক ঋষিনা হংলবা বাহংদু অর্থ লৈবা জাৎনি, মহাক্না খঙনীংবা অমা লৈরম্মী মদুদি মহারাজ যুধিষ্ঠিরনা রাজ্য ফংলগা করি তৌরম্বগে হায়বদুনি।

### শ্লোক ২

**সূত উবাচ**

**বংশং কুরোর্বংশদবাগ্নিনির্হৃতং সংরোহয়িত্বা ভবভাবনো হরিঃ।**
**নিবেশয়িত্বা নিজরাজ্য ঈশ্বরো যুধিষ্ঠিরং প্রীতমনা বভূব হ ॥২॥**

### শব্দার্থ

সূতঃ উবাচ—সূত মুনিনা হায়রম্মী; বংশম্—শাগৈ; কুরোঃ—কুরু নিংথৌগী; বংশদবাগ্নি—বাগী লম্মৈ; নিহ্ৰ্তম্—উৎ ওনপ্রবা; সংরোহয়িত্বা—শাগৈগী ময়োন; ভব-ভাবনঃ—সৃষ্টি ঙাকপা; হরিঃ—শ্রীহরিনা; নিবেশয়িত্বা—অমুক হনজনহন্দুনা; নিজরাজ্য—মশামকী লৈবাক্তা; ঈশ্বরঃ—ভগবান্না; যুধিষ্ঠিরম্—যুধিষ্ঠিরবু; প্রীতমনা—(চৈংথা) ম্মুক্কীং (পেনখং) মহুম্মহ—ওইথি।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীসূত গোস্বামীনা হায়রম্মী—জগৎ ঙাকপা পরমেশ্বর ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণহু মহারাজ যুধিষ্ঠিরবু মশামকী রাজ্যদা অমুক হনজনহল্লগা অমসুং অশাউবগী মশক ওইবা বাপলগী লম্মৈনা উৎ-ওল্লবা কুরু শাগৈগী ময়োন চোংহন্দুনা হায়বদি অমুক হন্না খিল্লগা পুক্নীং পেনবা ওইথি।

### নৈনরোল

জগৎ অসি বাপলগী বা ময়াম তকৃবদগী থোরকপা লম্মৈগা চাংদম্নরি। অসিগুম্বা লম্মৈদি মথন্তমক হোৎজবনি, মরমদি বা তকৃবহু মপানগী থৌশিল অমতা য়াওদবমথৈ থোকপনি। মতৌ অহুগুম্না, প্রাকৃত জগত্তা প্রকৃতিবু খুহুম চন্নবা তৌনীংবা মীতাশিংনা মহৈ মহৈ থেঙ্গায়নৈ অহুদগীদি লাল কৌবা মৈহু হোৎই, মহুগী ফল ওইনা খ্বাইনা পান্নদবা মীতাশিংহু চাকথেক্লুনা উৎ ওল্লী। অসিগুম্বা মৈ হায়বদি লাল কয়া থোকই, মহুদা ভগবান্গী করিস্নু তৌনঙাই লৈতে। অহুবু ভগবান্না জগৎ ঙাকনীংবা মরম্না মী ময়াম্নু আত্মা উপলব্ধি তৌনবগী অচুম্বা লম্বী চৎহন্নীংঙী, মহুম তৌরবদি জীবশিংনা ভগবান্গী ধামদা চঙবা ঙমগনি। অৱা অনা নংলিবা মীওইশিংবু ভগবান্না ময়ুমদা হায়বদি মাগী ধামদা হল্লকহন্নীংঙী, ময়দি অহুম তৌরগা সংসার মৈচাক অহমহু ফংবা লোকনি। হৃদিনী থৌরাং পুম্বসি মওং অহুম্না লাওবনি। জ্ঞান তাদবা মীতাক্তা ভগবান্গী মায়াশক্তিনা পীবা অৱা মৈচাক্তা চাক্লুনা প্রাকৃত জগৎতা সৈ। মরমহুনা ভগবান্না মাগী ভক্ত অশেঙবা অমনা জগৎ-শাসন তৌব্র পাম্মী। ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনা অসিগুম্বা শাসন লৈহন্নবীদমক অমসুং মাগী সৃষ্টিগী থৌশীল-বু থুগাইনীংবা, খ্বাইনা পান্নদবা মীতাশিংবু হাংনবগীদমক্তা অবতার তৌখিবনি। পামদবা মীতাশিংবু জগৎসিদা লৈহন্দনবা অহুগা ভগবানগী ভক্তগী মথাদা শান্তিপূর্ণ ওইবা রাজ্য অমা লিংবা য়াননবা শীল্লকপা মাগী থৌরাং মতুঙ ইন্না কুরুক্ষেত্রগী লাল শোল্লখিবনি। মরমসিনা মহারাজ যুধিষ্ঠিরনা সিংহাসন কাথৎপা অহুগা কুরু শাগৈগী চান্না পরীক্ষিৎ মহারাজগী থরাই কনখিবা মতমহুদা ভগবান্না মপুঙফানা পেনখি।

### শ্লোক ৩

**নিশম্য ভীষ্মোক্তমথাচ্যুতোক্তং প্রবৃত্তবিজ্ঞানবিধূতবিভ্রমঃ।**
**শশাস গামিন্দ্র ইবাজিতাশ্রয়ঃ পরিধ্যুপান্তামনুজানুবর্তিতঃ ॥ ৩ ॥**

### শব্দার্থ

নিশম্য—নাকোঙনা তারগা; ভীষ্ম-উক্তম্—ভীষ্মনা হায়বা বাঃ অথ—অহুগা; অচ্যুত-উক্তম্—অচ্যুত শ্রীকৃষ্ণনা হায়বা বা; প্রবৃত্ত—চঙলবা; বিজ্ঞান্—মপুঙ ফাবা জ্ঞান; বিধূত—মপুঙফানা চামথোক্লবা; বিভ্রমঃ—চিংনবা পুম্নমক; শশাস—শাসন তৌরম্মী; গাম্—পৃথিবীবু; ইন্দ্র—স্বর্গগী নিংথৌ; ইব—গুম্না; অজিত-আশ্রয়ঃ—অজিত শ্রীকৃষ্ণনা মাগী চেংথম ওইরিবা; পরিধি-উপান্তাম্—সমুদ্র ফাওবা; অনুজ—মনাওনুপাশিংনা; অনুবর্তিতঃ—তুং ইল্লিবা।

## মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ভীষ্মদেবগী বা অদুগা অচ্যুত শ্রীকৃষ্ণগী বা মনাকোঙনা তারগা, মায়পাকনবা ঙমত্রবা শ্রীকৃষ্ণদা মশাবু কখোকচরগা, দ্বারকাদা চৎপা লম্বীদা তুংইনবনি হায়বা শঙলকহনা এন্না তৌবনি হায়বা নাপল অদু লৈরম্লবনা, মনাওশিংগা লোয়ননা ইন্দ্রদেবগুম্না সমুদ্র কাওবা য়াওরবা পৃথিবীবু শাসন তৌখি।

## নৈনরোল

মহারাজ যুধিষ্ঠিরনা সমুদ্র য়াওনা পৃথিবী পুম্বু শাসন তৌরম্বা মতমদদুু নিংথৌগী অহানবা পোকপা মচানা নিংথৌ ওইনা শুদ্ধম কংহৌবা হায়বা ইংলাণ্ডশিংগী আইন্দু চৎনরম্মী। মতমদুদা (হৌজিক নিউ দিল্লিগী শহরক ওইরিবা) হস্তিনাপুরগী নিংথৌনা মহারাজ যুধিষ্ঠিরগী মশুবুংঙো মহারাজ পরীক্ষিৎনা পাল্লম্বা মতম কাওবা সমুদ্র-য়াওবা পৃথিবী পুম্বা শাসন তৌরম্মী। মহারাজ যুধিষ্ঠিরগী মনাওশিংনা রাজ্যগী মন্ত্রী সেনাপতি নচিংনা ওইরম্মী। অদুগা নিংথৌগী ধর্মচেনবা মনাওশিংনা পুক্নচেল থোক্নজেল তিন্নবা থবক তৌমিন্নরম্মী। মহারাজ যুধিষ্ঠির পৃথিবী পুম্বা শাসন তৌবগী আদর্শ রাজা অমনি হায়বদি ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী প্রতিনিধিনি। অদুনা মহাক স্বর্গগী নিংথৌ ইন্দ্রগা চাংদম্নবা য়াবনি। ইন্দ্র, চন্দ্র, সূর্য্য, বরুণ অমসুং বায়ু-নচিংবা দেবতাশিংনা বিশ্ব ব্রহ্মাণ্ডগী গ্রহলোকশিংদা ভগবান্গী প্রতিনিধি ওইনা পাল্লম্বগুম মহারাজ যুধিষ্ঠিরসু পৃথিবী ঙাক্লম্মী। মহারাজ যুধিষ্ঠির হৌজিকালগী প্রজাতন্ত্র শাসনগী জ্ঞান রাংশা রাজনৈতিক নেতাগী জাত্তা নৎলমদে। মহারাজ যুধিষ্ঠিরবু ভীষ্মদেবনা অদুগা অচ্যুত ভগবান্না পাওতাক পীরম্লবা মীনি, মরমদুনা জ্ঞান মপুঙফানা চেন্না মীনি।

হৌজিকালগী প্রজানা খনবা রাষ্ট্রপতিদি হং অমগুম্বনি মরমদি মহাকী শক্তিদি নিংথৌগীগুম্বা নত্তে। মহাক মহারাজ যুধিষ্ঠিগুম্না জ্ঞান লৈবা ওইবা য়াই, অদুবু মরম্নাই নীংবা মতুং ইন্না করিগুম্বা অমতা তৌবম্না শাসনতন্ত্রনা য়াদে। মরমসিনা পৃথিবীদা আদর্শ তিন্নদবদগী অদুগা মশা মশাগী ওইজবা থিবদগী মহৈ মহৈ খৎনরবা রাষ্ট্র ঙাক্তা ঙায়রিবসিনি। মহারাজ যুধিষ্ঠিরগুম্বা নিংথৌগীদি মরম্নাইগী ওইবা আদর্শ লৈরমদে। মহাক্তি অচ্যুত ভগবান্গী পাওতাক অদুগা ভগবান্গী প্রতিনিধি ভীষ্মদেবগী পাওতাক মতুঙ ইন্না চৎথরম্মী। কনাগুম্বা অমতনা মরম্নাই অপাম্বা অমদি মরম্নাই পুথোরকপা আদর্শ থমদবমখৈ মহাক্না মহাজন অচৌবা অমদি অচ্যুত ভগবান্গী বা ইন্দুনা চৎকদবনি হায়বসি শাস্ত্রগী বানি। মরমদুনা মহারাজ যুধিষ্ঠিরনা সমুদ্র য়াওবা পৃথিবী অপুম্বা শাসন তৌবা য়ারম্বনি, মরমদি নীতি নীয়মশিংদু শোয়বা নাইদ্রবা অদুগা ময়াম পুম্নমক্কী ওইনা শীজন্নবা য়াবা ঙাক্লনি। পৃথিবী পুম্বগী রাষ্ট্র অমতা লৈবা য়াগদবদি অচ্যুত ওইবা মপু অমগী বা ইন্না চৎলগদা য়াগদবনি। মপুঙ ফাদব্না মীওইবা অমনা মীপুম খুদিংগী য়ানীংগদবা আদর্শ পুথোকপা ঙম্বা হৌরদে। পৃথিবীগী মফম খুদিংদা মীপুম খুদিংনা ইন্নীংগদবা থবক থোরমদি মপুঙফাবা অমদি অচ্যুত ওইব-শিংতনা তৌরগা য়াগদবনি। মরুওইবদি শাসন পায়বা মীতাদুনি, শরুাইদবা শাসন্না মরু নত্তে। মীদুনা মপুঙ ফারবদি শাসনসু ফজবা তেক্ত-কায়দবা ওইগনি। শাসন পায়বা মীদুন্না অপঙবা অমা ওইরবদি শাসন অদু অপঙবগী স্বর্গ অমা ওইদুনতা তোকনি। মসু প্রকৃতিগী নিয়ম্নি। মপুঙ ফাদবা নিংথৌশিংগী অদুগা রাষ্ট্রপতিশিংগী মরমদা রাজ্জী কোজায়রমনি। মরমসিনা শাসন পায়বা মকোক্তু মহারাজ যুধিষ্ঠিরগুম্না পাউতাক-পাউমেল লৌবা মী অমা ওইগদবনি অদুগা পৃথিবীপুম্বা শাসন তৌবগী বৈর-তন্ত্রগী শক্তি লৈগদবনি। মহারাজ যুধিষ্ঠিরগুম্বা মপুঙফাবা নিংথৌ অমনা পাল্লবদদা পৃথিবী-রাষ্ট্র হায়বা রাখলুগী মওং ঙাগদবনি। মতম অদুবাইদদি পৃথিবীপুম্বা লুংঙাইরম্মী মরমদি পৃথিবীপুম্ববু শাসন তৌকিনবা মহারাজ যুধিষ্ঠিরগুম্বা নিংথৌ লৈরম্মী।

শ্লোক ৪

**কামং ববর্ষ পর্জন্যঃ সর্বকামদুঘা মহী।**
**সিষিচুঃ স্ম ব্রজান্ গাবঃ পয়সোধস্বতীর্মুদা ॥৪॥**

শব্দার্থ

কামম্—অপাম্বা পোৎ; ববর্ষ—হৈথরম্মী; পর্জন্যঃ—নোংনা; সর্ব্ব—পুম্নমক; কাম—অপাম্বা পোৎ; দুঘা—পুথোকপা; মহী—পৃথিবী; সিষিচুঃ স্ম—চোৎহল্লম্মী; ব্রজান্—শঙ্গাবুঙদা; গাবঃ—শলশিংনা; পয়সা উধস্বতীঃ—খোম্মী মথোম্না থন্দুনা পোংথোক্লম্মী; মুদা—পুক্নীং হরাওবদগী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

যুধিষ্ঠির মহারাজনা পাল্লিভৈদা নোংনা প্রজাগী অপাম্বা চাং য়োৗনা ঈশীং হৈথরম্মী, অদুগা পৃথিবীনা অপাম্বা পুম্না (অচা-অথবী পোত্তা) মরাঙ কায়না থোকহনখি। শলশিংগী খোম্মী চাউ-থংলক্লুনা অদুগা হরাউবগা লোয়নবা মরম্না শলশিংনা শঙ্গাবুংশিংদা শজোম্না পুঙচোৎ চোৎহল্লম্মী।

নৈনরোল

লম্‌চুম চাওথংনবগী মপুঙ ওইবা পোংথি লমগা শন-গা অনীনা ওই। মীওইবা সমাজগী চঙদবা য়াদবা পোৎলমদি হরাই-চেংবাই, উহৈ, শজোম, ফি, উ, খোংদগী থোকপা পোৎনচিংবসিনি। মথোয়সি হকচাঙগী চঙদবা য়াদবা পোৎ ওাক্লি। শা, ঙা, য়োংকী খুংজু-খুংলাই অমসুং কোল-কবজা চঙদবা য়াই। মহারাজ যুধিষ্ঠিরগী মতমদা পৃথিবী পুম্নবদা নোং চাং নাইনা তাই। নোংচুবসি মীওইবগী খুৎতা লৈবা নত্তে। স্বর্গগী নিংথৌ ইন্দ্রদেবনা নোংগী বাসি শীরৈ, অদুগা মহাক ভগবান্‌গী মনাইনি। নিংথৌনা মাগী প্রজাশিংগা লোয়ননা ভগবান্‌গী য়াথং ইন্না চংলবদি অতিয়াদগী নোং চাঙদম নাইনা চুগনি। লৈপাক্তগী থোকপা পোৎ মথল ময়ামসি নোংদুনা মরম ওইরগা থোকপনি। নোংনা মত্তেঙ পাংবসি চেং-চাক, উহৈ-বাহৈগী চাথোক মরাং কায়নবা তৌবদদা নত্তে, নোংগী ঈশীংনা গ্রহশিংগী প্রভাবকা তিন্নরবা মতমদা মমল য়াম্নবা মণি-রত্ন কল্লাদু মরাঙ কায়না থোকয়ি। চেং-চাক মনা মশীঙ মীনম্ন শা শন্নদু হাউনা চাগনি, অদুগা অমোয়বা শলমোম অমনা হকচাঙ কহন্নবা শজোম মরাঙ কায়না পীগনি। শজোম, চেং-চাক, উহৈ-বাহৈ, লশীং, মুগা, মণি-রত্ননা ওক্লংবা লৈরবদা করিগী অমুক মীশিংনা সিনেমা, কগুবী শঙ, শাহাৎশঙনচিংবা পাল্লিবনো? সিনেমা, কার, রেডিও, চাননবা শা অমদি হোটেল চঙবনচিংবা তৌদুনা অকে-অমোৗগী পুন্সি লেল্লগা করি কান্নরিবা? হৌজিক্কালগী সভ্যতানা মী মশেল জাতি মশেল খংনবা নত্তনা করি পুথোকপা ওল্লিবগে? নরক-কোমগী মশক ওইবা থবক তৌকম কারখানাশিংদা অদুগা কনাগুম্না অমগী মচিংদগী লান-কমদা মী লীশিং লীশিংনা খুজিং ওইনা থাজল্লগা হৌজিকী সভ্যতাসিনা অমগা অমগা খেন্নদবা অমদি মচিন্ননাওগী পুকচেল হেঙ্গৎহনবা ওন্নবরা?

নৈনরিবা শ্লোকসিদা হায়রিবদি শলগী খোম্মীনা নোয়থংলক্লুনা অদুগা শল-ইরোইশিংনা হরাও-রদুনা মথোয়গী মথন্তা চেম্ররকপা শজোম্না শঙ্গাবুংশিংদু চোৎহল্লম্মী হায়বা অসিনি। মরমসিনা মথোয়বু শঙ্গাবুংদা শজীক মরাঙ কায়না পীজহনা হরাওহনবা পুন্সী অম্না লেম্নবা ওাক-শেনবী-জুচিংবা তৌকম থোক্করা? করিগীদমক ঐখোয় মীনা ঐখোয়গী কায়বা ন্নেংদুনা শল হাংকদগে? চেং-হরাইনা, উহৈনা শজোম্না হাউর-হাউরবা মথেল চামা চামা থোকহন্দুনা চারগা ঐখোয় মীনা

পেনবা য়াদবরা? করিগীদমক পৃথিবী পুম্বদা মরাল লৈজদবা শাশিংবু হাংননবা শঙ লিংলিবনো? মহারাজ পরীক্ষিৎনা মহাকী রাজ্যদা কোয়থোরকপা মতমদা মৈতালগুম্না মুরবা মী অমনা শল অমোম অমা হাংকদবগী হোৎনরম্বা থেংনখি। নিংথৌনা খুদক্তা শাহাৎপন্থবু কারণা মতীক চাবা দণ্ডি পীখি। মশা মশাবু কঞ্জবা ঙমদ্রবা শা-শলশিংগী থবাইবু নিংথৌ অমনা নক্রগা লৈবাক ঙাকপা মকোয়া ঙাক-শেনফম থোক্তবরা? মসিরা মানবতা (মীওইবা) হায়বহ্? দেশ অমগী শা শলশিংসু নাগরিক নত্তবরা? অদু ওইরবদি শাহাৎ-শঙ লিংহুনা মথোয়সিবু হাংপা য়াহল্লিবা করিগীনো? থৌদোশিংসিবু অমগা অমগা মান্নৈ, মচিম্বনাওনি হায়বগী অহুগা অহিংসা চৎপগী খুদমলা?

মরমসিনা হৌজিক্কী চাওখৎলবা সভ্যতাগী ওইবা শাসন-তন্ত্রগা য়েংনরগদি মহারাজ যুধিষ্ঠিরগী স্বৈর-শাসন অসিনা হেন্না হেন্না কৈ, মরমদি আধুনিক গণতন্ত্রসিদদি শা হাংলি অহুগা শাদগী হুম্বা মীতানা মাগুম্বা মী অমা ভোট পীহুনা থল্লী।

ঐখোয় লোয়নমক প্রকৃতিগী জীব ঙাক্তনি। ভগবান্ মশামক্লা মরু-হুনবা (বীজপ্রদ) মপানি অহুগা প্রকৃতিনা মওং খুদিংগী জীব লোইনমক্কী মমানি। সর্ব্বশক্তিমান্ পিতা শ্রীকৃষ্ণগী কৃপাদগী প্রকৃতি কৌবা মাতাগী মী অমসুং শাশলগী চাবা ওক্লবা মচীঙাক য়াম্না মরাঙ কায়না লৈ। মী-ওইবনা অতৈ জীব পুম্বগী ময়াম্বা অহনগুম্বনি। প্রকৃতিগী খোঙচৎ অহুগা সর্ব্বশক্তিমান্ পিতা ওইবা ভগবানগী ইঙ্গিত ময়াম খঙবা ঙম্মবগী বুদ্ধিহু মীওইবগীনা শা-শলশিংগীদগী হেল্লি। মানব-সভ্যতাশিংদি প্রকৃতিগী পোৎথোক য়েংহুনা চৎকদবনি, খুৎশেম্না আর্থিক-উন্নতি লৈনবা হোৎনফম থোক্কে; অহু নৎত্রগদি খুৎশেম্না কে-মৌবগীদমক অহুগা ইন্দ্রিয় পেম্মনবগীদমক অপাম্বগী অহুগা শক্তিগী মুম্নফম অমা ওইহুনা পৃথিবীসি চরাঙনহুনা ভোক্লগনি।

শ্লোক ৫

**নদ্যঃ সমুদ্রা গিরয়ঃ সবনস্পতিবীরুধঃ ।**
**ফলন্ত্যোষধয়ঃ সর্ব্বাঃ কামমম্বৃতু তস্য বৈ ॥ ৫ ॥**

শব্দার্থ

নদ্যঃ—তুরেলশিং; সমুদ্রাঃ—সমুদ্রশিং; গিরয়ঃ—চীংশিং; সবনস্পতি—উপাম্বীগা লোয়নবা; বীরুধঃ—উরীশিং; ফলন্তি—উহৈ পাল্লী; ঔষধয়ঃ—মনামশিং; সর্ব্বাঃ—পুম্নমক; কামম্—অপাম্বা; অম্বৃতু—ঋতু ঋতুগী; তস্য—নিংথৌ মাগী; বৈ—লেপ্পমক।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

তুরেন্না, সমুদ্রনা অহুগা উজাওপাম্বীগা উরীশিংগা মরাঙ কায়রবা চীংশিংনা, চাবা-য়াবা মনা মশীঙ পুম্নমক্লা যুধিষ্ঠির মহারাজগী রাজ্যদা ঋতু খুদিংদা অপাম্বা ওক্লনবা মহৈ পীরম্মী।

নৈনরোল

মহারাজ যুধিষ্ঠিরবু অজিৎ হায়বদি কনানসু লাকথুবা ঙমদ্রবা ভগবান্না ঙাকশেল্লী হায়না মথক্তা হায়খিবহুনা, ভগবানগী মরল পুম্নমক হায়বদি তুরেল, সমুদ্র, চীঙশাঙ, উমং রাময়নচিংবা পুম্নমক পেল্লম্নে। অহুনা মথোয় ময়ামসিনা নিংথৌদা মথোয় মথোয়গী শরুক কাজৎ কারম্মী। মহৈ য়াম্নবগী

উপায়দি পরমেশ্বর ভগবানগী মশায়গোন্দা চঙজহনা তাংজবা হায়বনিনি। ভগবানবু য়াম্রবদি কন্নিমতা ওইথোক্তে। খুৎজু খুৎলাই অদুগা মেচিনগী মপান ভাংহনা হোৎনরগা শেন্দুম চাওখৎনবা তৌরা ঙাক্তনদি য়াদে। পরমেশ্বর ভগবান্না য়াম্বিবা হায়বদু চঙদবা য়াদবনি, অদু মতমগদি খুৎজু-খুৎলাই লাঙশল্লগা ঙাক থবক ওইবা য়াদে। থবক মঙল ওইনবগী অরোয়বা মরমদি মৈবনি, ভগবান্না। নিংথৌ হায়বসে প্রজা পুন্নমক্কী য়াইকনবা য়েংশনবগীদমক পরমেশ্বর ভগবান্গী প্রতিনিধি ওইনা লৈবনি হায়বসি মহারাজ যুধিষ্ঠিরদি মুন্না খঙলম্মী। অশেংবমক্তি রাজ্যদি পরমেশ্বর ভগবান্গী মপোৎনি। তুরেন, সমুদ্র, উমং, চীং-মাল পুম্নমকসে মীওইবনা পুথোরকপা নত্তে। মখোয় লোইনমক ভগবান্না সৃষ্টি তৌবনি, অদুগা মীওইবনা ভগবানবু সেবা তৌবগী তৌজমল ওইনা ভগবান্গী মপোৎ-মরল অদু মীওইববু শীজিন্নহনবনি। রাজ্যগী পোৎ খুদিংমক প্রজাগীনি মরমদুনা সরকার প্রজাগীদমক প্রজানা শেমগদবনি হায়বা অসিনা ঙসিগী খোন্নাউ-ওইদুনা লৈ। অদুবু ভগবান্গী ভাবনামৃতনা অমত্তং মীওইবগী পুন্সিবু মহৈ য়ালহন্বা হায়বদুনা য়ুক্ষম ওইরগা হৌজিক হৌজিকমক মীওই মথল অনৌবা অমা পুথোকপা ঙাবনি। হায়বদি ভগবান্গা মরী-লৈবা সমাজ-বাদগী আদর্শসি পুথোক্লবা মহারাজ যুধিষ্ঠির অমসুং পরীক্ষিৎকী খুদুং ঙমগৎনা ইন্বা ঙাবনি। ভগবান্গী ইচ্ছাদগী পোৎলম খুদিংমক ওক্লবা মরাঙ-কায়না লৈ, অদুনা ঐখোয়না মীগা মীগা, মীগা শাগা অমদি মীগা প্রকৃতিগা মরক্তা য়েংথীনত্রবসু পোৎ-চৈ বাঙবগী মুংঙাইবা হায়বদু ঙংদুনা পুন্সি লেন্বা য়াগনি। মক্কম খুদিংমক্তা ভগবান্না নিয়ন্তা ওইরিবনি, অদুনা ভগবান্না পেন্নবদি প্রকৃতিগী শরুক খুদিংমক্কসু পেন্গনি। তুরেন্না ঈমাই পানা ঈচেন্গনি অদুগা লৈবাক লৈহাও চেলহন্গনি; সমুদ্রনা মণিমুক্তানচিংবা পোৎলম কয়া পীগনি, উমংশিংনা উ-বা, মনা-মশিং ওক্লবা পীগনি, অদুগা ঋতু হোংলক হোংলকপগা লোয়ননা হৈরাং-লৈবাং মরাঙ কায়না থোক্লবা তৌরকনি। কোল-কারখানাগা খুজু-খুৎলাইগদা নন্দুনা খুৎশেমগী মহীঙ হীংবদি মীয়ামদগী কোথোক্লগা মী খুজোক অমতনা হীংবনি। মীয়ামগী মপাঙ্গল-শক্তি পুম্বা কারখানাদা শীজিন্নখিবা মরম্না প্রকৃতিগী পোথোক থোকহন্বদা অপন্বা অমা ওই; মরমদুনা মীয়াম্না পুন্সি মুংঙাইতনা লেপ্লৌ। শিক্ষা মতীক চানা মীয়াম্না ঙংবা ঙমদবা মরম্না মশা মশাগী ওইজ-খিবা কাঙমুপী মতৌ তমদুনা প্রকৃতিগী তুঙশন্জরিবা মরলবু লৌথোক্লবা হোৎনরি, মরমদুনা মী অমগা অমগা অমসুং জাতিগা জাতিগা মশেল পোৎ মুন্নরক্লি কয়া কয়া। ভগবান্গী প্রতিনিধি ওইবা খঙ-হৈরবা মীতানা মখোয়বু হোইবীবা লৈত্রে। অসিদা চাঙদমদুনা হৌজিকী সভ্যতাগী অশোয়-অঙাম করিনো হায়বদু ঐখোয়না থিজন্বা চুম্মী অদুগা মীওইবগী পূকচেল্ শেংদোক্লবা অদুগা নাতে চানদবা লৈরিবা পুম্নমক মুথৎনবা মহারাজ যুধিষ্ঠিরগী খুদুং ইন্গদবনি।

শ্লোক ৬

**নাধয়ো ব্যাধয়ঃ ক্লেশা দৈবভূতাত্মহেতবঃ।**
**অজাতশত্রাবভবন্ জন্তূনাং রাজ্ঞি কর্হিচিৎ॥ ৬॥**

শব্দার্থ

ন—কদোইঙেদসু নত্তে; আধয়ঃ—পুক্নীংগী অবাবা; ব্যাধয়ঃ—হকচাঙগী অনায়েক; ক্লেশাঃ—অঙৈঙ-অশাদগী ফংবা অবাবা; দৈব-ভূত-আত্ম-হেতবঃ—আধিদৈবিক, আধিভৌতিক, অদুগা আধ্যাত্মিক ওইবা; অজাতশত্রৌ—য়েক্লবা-লৈতবা মঙোন্দা; অভবন্—থোকখি; জন্তূনাম্—জীবশিংগী; রাজ্ঞি—নিংথৌদা; কর্হিচিৎ—করিগুম্বা মতমদা।

## মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

য়েক্লবা-লৈতবা যুধিষ্ঠিরনা শাল্লবা মতমদা থবাই-পান্‌বশিংগী আধিদৈবিক, আধিভৌতিক, অমসুং আধ্যাত্মিক হায়বা সংসার-মৈচাক অহুম থোকপা য়াবা মরমশিং, পূক্নীংগী অবাবা (আধি), হকচাঙগী অনায়েক (ব্যাধি) অমসুং অঙাং-অশাদগী পোকপা অবাবশিংসু করিমতা লৈরমদে।

## নৈনরোল

মীওইবগী মকমদা অহিংসা চংপা অমসুং লাইবকথীবা শা-শলবু হাৎপা নত্রগা মখোয়গী য়েক্লবা ওইবদি শয়তানগী দর্শনশাস্ত্রনি। হৌজিক্কী য়ুগসিদদি লাইবকথীবা শা-শলশিংবু য়েংথিবীরে, মরমসুনা গতি-লৈতদবা জীবশিংগী মপূক্নীং থোয়নাঙসুনা ঙাক্তা লৈ। গতি-লৈতবা জীবশিংবু য়েংথীরকপগী ফল ওইনা হৌজিক মীওইবগী সমাজদা মীগা মীগা নাম-নামতা ওইরবসু নত্রগা পুম্নপ পুম্নপ ওইরবসু নত্রগা জাতি মশেল ওইরবসু খুৎথোক্লনা খণ্ডদে খুৎথোক্লদবা ওইনা খণ্ডদে লান্থেংনরী। মহারাজ যুধিষ্ঠিরগী মতমদদি মাগী মখা-পোন্‌বা রাজ্যদি লৈরম্লবসু তোঙান্-তোঙানবা জাতিদি লৈরমদে। পৃথিবী পুম্বা লিংজেন-অমতদা পুম্নমী অমসুং রাজচক্রবর্ত্তীসুনা যুধিষ্ঠিরগুম্বা শাসনগী শিক্ষা-ফংলবা নিংথৌ ওইবা মরম্না সাধরণ প্রজা পুম্নমক পূক্নীংগী থোয়-রাংবা ফংলমদে, অনা-অয়েক তৌরমদে অমসুং অঙাং-অশাগী অবাবসু নংলমদে। মখোয় লম্ফুমগী মরমদা য়াইফরম্বদা নত্তনা মশা-মতুংসু মতীকচানা করম্মী অমসুং আধিদৈবিক (গ্রহনচিংবা দেবতা-শিংনা পীবা) আধিভৌতিক (জীব অতৈদগী ফংবা), অমসুং আধ্যাত্মিক (পূক্নীং-হকচাঙগী ওইবা) অবা-মৈচাক ফংলমদে। বাংলালোন্দা পাউরৌ অমা লৈ মসুদি—ফত্তবা নিংথৌ অমনা লৈবাক মাঙহল্লী অমসুং ফত্তবী মুপী অমনা ইমুঙ মাঙহল্লী। মসুগী বাহু মফমসিদসু পান্‌সন্‌বা য়াই। নিংথৌনা ধর্ম্ম-চেন্‌বা ওইবা অমসুং ভগবান্না অমদি মুনি-ঋষিশিংনা হায়বা ইন্‌বা মরম্না, মহাক কনামতগী য়েক্লবা ওইত্রবনা, মহাক ভগবান্‌গী প্রতিনিধিনি হায়বা খত্তনরবা মরম্না, ভগবান্নসু মাবু ঙাকশেন্নবা মরম্না, নিংথৌসুনা ঙাক্লিবা নাগরিক পুম্নমক ভগবান্না অমসুং ভগবান্‌গী প্রতিনিধিনা সাক্ষাৎ ওইনা ঙাক্লবা ঙাক্লি হায়বা য়াই। কনাগুম্বনা ধর্ম্ম-চেন্‌ব্রবা ওইরবদি অমসুং মাবু ভগবান্না য়াবিত্রবদি মহাক্না মাগী মথাকোন্দা লৈরিবা মীশিংবু নুংঙাইহন্‌বা ঙমদে। মীগা ঈশ্বরগা অমসুং মীগা প্রকৃতিগা মপুঙফানা থোঙমান্নগদবনি, অসিগুম্না থোঙমান্নরবদদা হায়বদি মহারাজ যুধিষ্ঠিরগী মতৌদা পৃথিবীদা নুংঙাইবা, চাউখৎপা অমদি লৈবাক মরা তম্না য়াগদবনি। হৌজিক্কালগী চংনবী ওইরিবা—অমনা অমবু শুমসুনা চাবা—হায়বগী পূকচেলদি অবাবা পুশল্লকপদা ওইগনি।

## শ্লোক ৭

**উষিত্বা হাস্তিনপুরে মাসান্ কতিপয়ান্ হরিঃ।**
**সুহৃদাং চ বিশোকায় স্বসুশ্চ প্রিয়কাম্যয়া॥ ৭॥**

## শব্দার্থ

উষিত্বা—লৈসুনা; হাস্তিনপুরে—হস্তিনাপুরদা; মাসান্—থাশীঙ; কতিপয়ান্—কয়া; হরিঃ—শ্রীকৃষ্ণ; সুহৃদাম্—মরীমত্তাশিংগী; চ—অমসুং; বিশোকায়—থবাই নুংঙাইতবা লোক্লবা; স্বসুঃ—মচনমুপী সুভদ্রা; চ—অমসুং; প্রিয়কাম্যয়া—পেল্হন্নবগীদমক।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণন্থ মাগী মরীমতা পাণ্ডবশিং মথৱাই-মুংঙাইতবা কোকহল্লবগীদমক অন্থুগা মচন্-ইবেম্মাবু (সুভদ্রাবু) পেলহল্লবগীদমক্তা থাবুম কয়ামুক হস্তিনাপুরদা লৈরম্মী।

### নৈনরোল

শ্রীকৃষ্ণন্থ কুরুক্ষেত্র-লালগী মতুংদা যুধিষ্ঠিরবু সিংহাসন্দা কাহল্লগা মহাক্তী লৈবাক দ্বারকাদা লেঙনবা যাত্রা তৌগদৌরম্লবনি, অন্থুবু মহারাজ যুধিষ্ঠিরনা হঙৎপদা য়াবীন্থনা অন্থুগা ভীষ্মদেবদা থোইদোকপা কৃপা অমা উৎনীংন্থনা ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনা পাণ্ডবশিংগী কোম্নুং হস্তিনাপুরদা লৈথোক্লম্মী। থোইদোক হেন্দোল্লা থবাই-বারবা নিংথৌগী মপুক্লীং নেমহল্লবা অন্থুগা মশামক্তী মচন্-ইবেম্মা সুভদ্রাবু পেলহল্লবা হায়ন্থনা ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনা লৈথখিগে হায়না লেপখিবনি। সুভদ্রাগী মপুক নেমহল্লবগী মরমদি অমতা ঙায়জবা লুহোংলবা মচাম্লুপা অভিমন্যুন্থ লৈখিরমম্লে। নহামচান্থনা মাগী ভার্য্যা অন্থুগা মহারাজ পরীক্ষিৎকীদি মমা উত্তরাবু হন্দোকপীন্থনা নোঙ্গাখ্রে। ভগবান্দি মাগী ভক্তশিংবু অঙম্বা মঙংদা পেলহল্লগদা মবুক্লীং পেঞ্জৈ। মাগী ভক্তশিংদনা মাগী জাতি ওইবগী শরুক লৌবনি। ভগবান্দি স্বতন্ত্রনি।

### শ্লোক ৮

**আমন্ত্র্য চাভ্যনুজ্ঞাতঃ পরিষজ্যাভিবাদ্য তম্।**
**আরুরোহ রথং কৈশ্চিৎ পরিষক্তোঽভিবাদিতঃ॥ ৮ ॥**

### শব্দার্থ

আমন্ত্র্য—বিদায় নিন্থনা; চ—অমসুং; অভ্যনুজ্ঞাতঃ—হয়নবা য়াথং ফংলবা; পরিষজ্য—কোন্দুনা; অভিবাদ্য—খুরুমন্থনা; তম্—মাবু (মহারাজ যুধিষ্ঠিরবু); আরুরোহ—কাথৎলয়ে; রথম্—দোলাই-রথদা, কৈশ্চিৎ—অতৈ কনানা; পরিষক্তঃ—কোন্বীরবা; অভিবাদিতঃ—খুরুম্লকপা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অন্থুগী তুংদা, ভগবান্না লেঙননবগী বিদায়-য়াথং নিন্থনা নিংথৌনা য়ারবদা, ভগবান্না মহারাজ যুধিষ্ঠিরদা খোঙ পায়ন্থনা খুরুমখি অন্থুগা নিংথৌনা মহাকপু কোন্খি। অন্থুদগী অতৈ খরনা ভগবান্বু কোন্খি অন্থুগা মঙোন্দা খুরুম্খি; অন্থুদগী ভগবান্দো রথদা কাথৎখি।

### নৈনরোল

মহারাজ যুধিষ্ঠির শ্রীকৃষ্ণগীদি মনেনা পোকপা ময়াসুংনি, মরমন্থনা মঙোন্দগী বিদায় লৌরগা লেঙলমদায়দা শ্রীকৃষ্ণনা মহারাজ যুধিষ্ঠিরগী মখোঙ পায়ন্থনা খুরুমখি। নিংথৌনা কৃষ্ণবু পরমেশ্বর ভগবান্নি হায়বা মুন্না খঙলবসু মনাওনি হায়ন্থনা মাবু কোল্লম্মী। প্রেমগী খোঙদা মাগী ভক্ত খরনা মাবু হৃদলা য়েংলবা মতমদা ভগবান্না মুংঙাইজে। ভগবান্দগী হেন্না চাউবা 'নত্রগা মাগা মান্নবা কনামতা লৈতে; অন্থুবু মাগী ভক্তনা মঙোন্দগী হন্নী হায়না খন্বদা মহাক মুংঙাই। মসি পুম্নমকসে ভগবান্গী দিব্য-লীলা ঙাক্লি। ভগবান্গী ভক্তশিংনা লৌরিবা প্রাকৃত-নত্তবা ভূমিকাশিংসিদা

নিরাকারবাদীশিংনা চঙবা ঙম্বা নত্তে। অদুদগী ভীষ্মগা অর্জুনগনসু ভগবানবু কোন্‌শল্লম্মী, মরমদি মখোয়দু চহী লেপ্পা অমতগী ওয়ল্লি। অদুবু নকুলগা সহদেবগনদি ভগবান্দা থুরুম্মী মরমদি মখোয়দি ভগবান্‌গী মথা নহানি।

## শ্লোক ১০

**সুভদ্রা দ্রৌপদী কুন্তী বিরাটতনয়া তথা।**
**গান্ধারী ধৃতরাষ্ট্রশ্চ যুযুৎসুর্গৌতমো যমৌ॥ ৯॥**
**বৃকোদরশ্চ ধৌম্যশ্চ স্ত্রিয়ো মৎস্যসুতাদয়ঃ।**
**ন সেহিরে বিমুহ্যন্তো বিরহং শার্ঙ্গধন্বনঃ॥ ১০॥**

## শব্দার্থ

সুভদ্রা—শ্রীকৃষ্ণগী মচন্-ইবেম্মা; দ্রৌপদী—পাণ্ডবশিংগী ভার্য্যা; কুন্তী—পাণ্ডবশিংগী মমা; বিরাটতনয়া—বিরাটকী মচাবেম্মা (উত্তরা); তথা—সু; গান্ধারী—দুর্য্যোধনখোয়গী মমা-বেম্মা; ধৃতরাষ্ট্রঃ—দুর্য্যোধনখোয়গী মপাবুং; চ—অমসুং, যুযুৎসুঃ—ধৃতরাষ্ট্রগী বৈশ্য নিঙোল্লা পোকপা মচানুপা; গৌতমঃ—কৃপাচার্য্য; যমৌ—ফাইবোক মচিন্নাও (নকুল অমসুং সহদেব); বৃকোদরঃ—ভীম; চ—অমসুং; ধৌম্যঃ—ধৌম্য; চ—অমসুং; স্ত্রিয়ঃ—নিংথৌকোন্‌গী লৈমা অতৈশিং; মৎস্যসুতা-আদয়ঃ—ডোম-নিংঙোন (সত্যবতী, ভীষ্মগী মমাত্তোন্); ন—ঙম্মদে; সহিরে—খাঙবা; বিমুহ্যন্তঃ—বাম্বগা পাংখল্লয়ে; বিরহম্—কায়নবা; শার্ঙ্গধন্বনঃ—শ্রীকৃষ্ণগী।

## মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতমদুদা সুভদ্রা, দ্রৌপদী, কুন্তী, উত্তরা, গান্ধারী, ধৃতরাষ্ট্র, যুযুৎসু, কৃপাচার্য্য, নকুল, সহদেব, ভীমসেন, ধৌম্য অমসুং সত্যবতীখোয় পুম্বনা বাম্বগা চপমান্নরা লৈখি মরমদি শ্রীকৃষ্ণগা কায়নবদু মখোয় খাঙবা ঙম্মদে।

## নৈনরোল

ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনা জীবশিংগী থোইদোক হেন্দোক্লা মাগী ভক্তশিংগী থম্মোই হুরম্বগে হায়রবু মখোয় কৃষ্ণগা কায়নবদু খাঙবা ঙম্মদে। সংসারীশিংনা মায়াবা গুমখিবনা ভগবানবু কাউথোকল্লি, নৎত্রগদি মানা কাউথোকপা ঙমদে। অসিগুম্বা শ্রীকৃষ্ণগা কায়নবগী মৈচাকসে বাহৈনা ফোঙদোকপা ঙম্বা নত্তে, ভক্তশিংতনা অরা মৈচাকসে অনুমান্না শাগৎপা ঙমজে। মানা বৃন্দাবন অদুগা থুজংগী গোপ-গোপী নহা অহলশিংগা কায়নবদুগী মতুঙদা মখোয়না পুল্লিচুপ্পা থম্মোই শোকখিবা মশোক্তু বাহৈনা লাম্বা ফংলমদে। সূর্য্যগ্রহণ থোকপা মুমীৎ অমদা মখোয় কুরুক্ষেত্রদা অমুকথক উরখি, মদুদা মখোয়না ফোঙদোকখিবা থম্মোইগী মতৌদু থম্মোই-কায়নবাইনি। ভগবান্‌গী সিদ্ধ ভক্তশিংগী অমগা অমগগী মগুণ থেন্নববুদি মরৈ হায়রবসু, ভগবান্‌গা হকথেংননা ওইরবসু নৎত্রগা মওং অমদবু ওইরববু সম্বন্ধসু থমুরবা ভক্ত অমতনা মহাকপু মীৎকূপ অমকাওবা থাদোকপা ঙমদে। মহুনি শুদ্ধভক্তগী পূকচেল হায়রবদো।

### শ্লোক ১১-১২

সংসঙ্গান্মুক্তদুঃসঙ্গো হাতুং নোৎসহতে বুধঃ।
কীর্ত্যমানং যশো যস্য সকৃদাকর্ণ্য রোচনম্ ॥ ১১ ॥
তস্মিন্ন্যস্তধিয়ঃ পার্থাঃ সহেরন্ বিরহং কথম্।
দর্শনস্পর্শনালাপশয়নাসনভোজনৈঃ ॥ ১২ ॥

### শব্দার্থ

সংসঙ্গাৎ—ভক্তশিংগা সঙ্গ তৌবদগীদমক মুক্ত-দুঃসঙ্গঃ—ফত্তবা সংসারীগা সঙ্গ তৌবা কোল্লবা; হাতুম্—থাদোল্লবা; ন—তৌদ্রে; উৎসহতে—হোৎনৈ; (ন-উৎসহতে—হোৎনদে); বুধঃ—ভগবানবু খঙ-লবা মীনা, কীর্ত্যমানম্—শক-শোন্নরিবা; যশঃ—মিংচৎ; যস্য—মহাক্কী; সকৃৎ—অমুকখক্তং; আকর্ণ্য—নাকোঙনা তারগা; রোচনম্—পান্নভাই ওইবা; তস্মিন্—মঙোন্দা (কৃষ্ণদা); ন্যস্তধিয়ঃ—পুক্নীং-কংলবা; পার্থাঃ—পৃথাগী মচানুপাশিং; সহেরন্—খাঙগনি; বিরহম্— কায়নবদু; কথম্—করম্না; দর্শন—শক-উনবা; স্পর্শন-শোক-শম্নবা; আলাপ—ৱারী-ৱাতাই শানবা; শয়ন্—হিপ্না; আসন—ফম্বা; ভোজনৈঃ—চামিন্নবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শুদ্ধ-ভক্তশিংগা সঙ্গ তৌবদগী ভগবানবু খঙজরবা অদুগা ফত্তবা সংসারীগা তৌবা সঙ্গদগী লাখোল্লবা বুদ্ধি-থৌবা মীতাশিংনা, পুক্নীং হুনঙাই ওইবা ভগবানগী মিংচৎকী ৱা মনাকোঙনবু তাবা অমুকখক্তংবু ওইরবসু, ভগবানগী মিংচৎশিংবু কাউবা শুকঙম ঙমদে। অদুনদি ভগবানবু দর্শন তত্তুনা তৌরবা, হকচাঙ খুৎনা পায়থৎতুনা শম্নরবা, ৱারী ৱাতাই শামিন্নদুনা হিপ্না-তুম্বা-ফম্বা অমদি চামিন্নদুনদা লৈমিন্নরক্লবা পাণ্ডবশিংনা ভগবানগা কায়নবগী মৈচাক অদু করম্না খাঙগনি।

### মৈনরোল

জীবগী স্বরূপ অওইবদি মথক-থোংবা অমবু সেবা তৌবনি। জীবনা মায়া-শক্তিগী ময়াথং ইন্দুনা মায়াগী সেবা নমদুনা তৌয়ি অদুগা মওং কয়াদা ইন্দ্রিয় পেন্নবা তৌয়ি। ইন্দ্রিয়-সেবাদা জীবনা করিমতা চোকথবা লৈতে। করিগুম্বা চোকথরবসু, মায়া-শক্তিনা জীববু পেন্নাইদবমথে সেবা তৌদুনদা লৈহল্লি। অসিগুম্বা ইন্দ্রিয় পেন্ননবগী থবকসি লোইবা খম্বা লৈতে। অদুগ মায়া-লাংদা থুরবা আত্মানা মায়িক সেবা লাংদা পুদুনা লৈবসিনা মুক্তি ফংবগী আশা লৈত্তবমথে লৈ। শুদ্ধ-ভক্তশিংগা সঙ্গ তৌরবদদা মায়া-লাংদগী মুক্তি ফংবা ঙম্মী। অসিগুম্বা সৎ-সঙ্গসিগী মপান্না কনাগুম্বনা মথঙ মথঙ কারকপনা মমৈদা পরমার্থগী জ্ঞান ফংলকই। মতৌ অসি ৱোরবদা মহাক্কী নিত্য-স্বরূপ-স্থিতি ভগবদ্-সেবানি হায়বা অদুগা কাম (অপাম্বা), ক্রোধ (শাউবা) অদুগা লোভ (মিহৌচাওবা) নচিংবা তৌদুনা ইন্দ্রিয় পেন্নবা লৈগদবা নত্তে হায়বা মহাক খঙবা ঙম্মী। প্রাকৃত সমাজ প্রাকৃত মরূপ মপাঙ শানবা অমদি প্রাকৃত প্রেমদি কামগী শকওং তোঙান তোঙানবা ঙাক্লি। য়ুম, দেশ, ইমুং, সমাজ, লম্দম অদুগা ময়ামসিগা মরী-লৈনবা মরম পুম্নমক মায়া-লাংদা পুনবগী মরম ঙাক্লি; মায়া-জগৎসি অবা-মৈচাক (ত্রিতাপ) অহুমগী মহুম্নি। শুদ্ধ-ভক্তশিংগা তিন্নরগা অদুগা মখোয়গী পাওতাক নোম্নরুবা নাকোঙদা হাপ্লগা সংসার-সুখ ভোগ তৌনীংবদু শেন্নরনি অদুগা ভগবানগী দিব্য-লীলা শ্রবণ তৌনীংবা হেন্জৎলকনি। অমুক্তংবু মখোয়না হায়রিবা কীভমসি ফংবদা, মখোয়

লেপ্লা নাইদবমখৈ কত্তুক-মুংদা য়াওবা মৈগুল্লা অহুম অকারমগী লমদাংদা কাহুনদা লৈরগনি। পরমেশ্বর ভগবান্ শ্রীহরিদি কয়ামুক পূক্নীং হুনঙাই ওইবগে হায়ববু আত্মা-উপলব্ধি-তৌরবা আত্মারামশিং অহুগা মায়ামুক্ত ওইরবা মীশিং ফাওবনসু ভগবানগী ভক্ত ওইরকই হায়নৈ। মতৌ অসুম ওইনরিবসিনা, ভগবান্গা তংতনা লোয়নহুনদা লৈরক্লিবা পাণ্ডবশিংগী স্বরূপ করিনো হায়বহু লায়না খঙবা ঙমগনি। পাণ্ডবশিংদি মখোয়গা শ্রীকৃষ্ণনগা শাগোন্নহুনা লৈমিন্নহুনতা লেলক্লবা মরম্না ভগবান্না মখোয়গী পূক্নীং হুরগা চিংবদি কয়ামুক কনবগে হায়ববু মখোয়ন। শ্রীকৃষ্ণগা কায়নবগী ৱাখল-ফাওবা খনবা ঙম্মদে। ভগবান্গী রূপ, গুণ, নাম, যশঃ, লীলানচিংববু নীংশিংবদি শুদ্ধ ভক্ত অমনা কয়ামুক পামজবগে হায়ববু ভক্তসিনা মায়া সংসারসিদা লৈরিবা মূর্ত্তি, গুণ, নাম, যশঃ অমদি কর্ম্ম পুম্ববু কাউথোকই, অহুগা মহাক্না শুদ্ধ ভক্তশিংগা সঙ্গ তৌবহুনা মমুন ফারবদা মহাক মীংকুপ অমফাওবা ভগবান্গা তংন-থানদরে।

### শ্লোক ১৩

**সর্ব্বে তেহনিমিষৈরক্ষৈস্তমনুদ্রুতচেতসঃ।**
**বীক্ষন্তঃ স্নেহসম্বদ্ধা বিচেলুস্তত্র তত্র হ ॥ ১৩॥**

### শব্দার্থ

সর্ব্বে—পুম্নমক; তে—মখোয়; অনিমিষৈঃ—কুপ্তবা; অক্ষৈঃ—মীৎনা; তম্-অনু—মতোল্লোমদা (ভগবান্লোমদা); দ্রুত-চেতসঃ—পেৎথরবা থম্মোইনা মখোয়গী ওইরিবা অহুগুম্বা মখোয়না; বীক্ষন্তঃ—য়েংলম্মী; স্নেহসম্বদ্ধাঃ—মুংশিবনা পুল্লবা; বিচেলুঃ—চৎলম্মী; তত্র তত্র—অমদমূক অমদমূক (হুজং হন্দা তৌহুনা); হ—অহুম্না তৌরম্মী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মুংশিন্নবা পেৎলবা থম্মোইদা মখোয় পুম্নমক মীৎ কৃপ্তবমখৈ ভগবান্বু য়েংলম্মী; মপূক্নীং লাঙবনা অমদমূক অমদমূক হুজং-হন্দা চৎতুনা মখোয়হু লৈখি।

### নৈনরোল

শ্রীকৃষ্ণদি মশানা অহুম জীব পুম্নগী পূক্নীং হুবনি, মরমদি মহাক নিত্যশিংগী মরক্তা নিত্য মকোল্লি। মহাক মথন্তনা নিত্য পুম্নমকপু য়োন্নক্লিবনি। বাক্যসি কঠ উপনিষদ্-তা হায়রিবনি। ভগবান্গী মায়ানা শুমহৎপা মরম্না হৌজিক কাউথোকলুরবা ভগবান্গা ঐখোয়গা মরক্তা লৈরিবা নিত্য সম্বন্ধ অমুক নৌহৌননা হিংগৎহল্লগা লেঙদবা শান্তি অমসুং উনতি ফংবা ঐখোয় ঙমগনি। সম্বন্ধসি খত্তিজুংদা ওইরবসু নৌনা হিংগৎহল্লবদি মায়াবদ্ধ জীবনা খুদক্তা মায়ালাংদগী নাম্মোক্তুনা ভগবান্গা সঙ্গ তৌনীংবনা ঙাওগনি। হায়রিবা সঙ্গসি ভগবান্গা হকথেংনবা ঙাক্তনা ওইবা নত্তে, ভগবান্গী নাম, রূপ, যশঃ অমদি গুণগা শম্নরগসু ওইবা য়াই। সিদ্ধ অবস্থাসিফাওবা য়োৗবা য়াননবা শুদ্ধ-ভক্তগী মফমদগী নোল্লুক্না শ্রবণ তৌননবা শিক্ষাপড়াহু শ্রীমদ্ভাগবতম্না পীনবিরে।

### শ্লোক ১৪

**কুরুজাঙ্গলপাঞ্চালান্ শূরসেনান্ সযামুনান্।** 

**নির্য্যাত্যগারান্নোহভূৎ স্মিতি শ্যাবাকবস্ত্রিয়ঃ ॥ ১৪॥**

### শব্দার্থ

অনুরুন্ধন্ - থিংলম্মী; উদগলৎ—শিম্থরম্বা; বাষ্পম্—পিরাং; ঔৎকণ্ঠ্যাৎ—খোরাংমনবদগী; দেবকীসুতে—দেবকীগী মচানুপানা; নির্যাতি—খোকপ্রবদা; অগারাৎ—য়ুমদগী (যুধিষ্ঠিরগী কোন্নুংদগী); ন—নত্তে; অভদ্রম্—অমঙ্গল; ইতি—অসুম্না, স্যাৎ—ওইবা য়াই; বান্ধব—মরীমতা; স্ত্রিয়ঃ—লৈমশিং।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

দেবকীগী মচাবুংঙো শ্রীকৃষ্ণনা মখোয়গী য়ুমদগী খোরক্লবদা কৃষ্ণগীদমক খোয়রাঙখিবনা মখোয়গী মীৎলুদগী পিরাং শিম্থরম্মী। পিরাংথু য়ায়া রানা থিংলম্মী, মরমদি মখোয়গী মপি অদুনা শ্রীকৃষ্ণগী অমঙ্গল ওইবা য়াই হায়না কিরম্মী।

### নৈনরোল

হস্তিনাপুর কোন্নুংদা লৈমা য়ায়া লৈরম্মী। মখোয় লোইনমক শ্রীকৃষ্ণবু নুংশি। মখোয় লোইনমক মরীমতা ঙাকসু ওইরম্মী। শ্রীকৃষ্ণনা মাগী লমদম পাংথিদোবগী হস্তিনাপুর কোন্নুংদগী খোঙশানদোরকপা উরুবা মতমদা কোন্নুংগী লৈমা ময়ামথু মাগীদমক খোয়রাঙলম্মী. অদুনা মখোয় পিবাং শিম্থরম্মী। পিরাং হেক শিম্থবগা লোয়ন লোয়ননা মখোয়না মতমথুদা কপ্পদি শ্রীকৃষ্ণগী মঙ্গল ওইরোই হায়না খনখি; মরমথুনা মখোয়না পি শিম্থবথু খকহন্নীংলম্মী। অদুবু পি খকহনবথু মখোয়দা য়ায়া লুনা থোকখি মরমদি পিরাং শিম্থরম্বথু থিংবা ঙমলমদে। মরমথুনা মখোয়না পিরাংথু মমীৎতা নোইশন্দুনা থমখি অদুগা মখোয়গী থম্মোয়শিংথু পীঙ পীঙ চোঙখি। মরমথুনা লান্দা থবাই থাখিবশিংগী মুপীশিং অমদি মচা মমৌশিংথু শ্রীকৃষ্ণগী মাঙদা থোরকপা ঙমখিদ্রে। অদুবু মখোয় লোইনমক ভগবানগী অদুগা মাগী লীলাশিংগী রা শ্রবণ তৌরম্মী, মতৌ অসুম্না মখোয়না মাবু পুকনুংদা থল্লম্মী মাগী রা ঙাঙনরম্মী, মাগী নাম-যশনচিংবগী রা ঙাঙনরম্মী; অসুম তৌরগা মখোয়সু শ্রীকৃষ্ণগা শকউনখিবা মীগুম্না শ্রীকৃষ্ণবু নুংশিখি। শ্রীকৃষ্ণদি অমতা ঙায়বা পোৎনিনা (অদ্বয়তত্ত্বনিনা) মাগী নামযশ-গুণগা মাগা করিমতা খেন্নবা লৈতে। শ্রীকৃষ্ণগা ঐখোয়গগী মরক্তা নক্নবা সম্বন্ধসি মাগী মরমদা কীর্তন, শ্রবণ, অদুগা স্মরণ তৌরগা নোহোহনবা য়াগনি। দিব্যশক্তিনা মসি থোকহল্লিবনি।

### শ্লোক ১৫

**মৃদঙ্গ শঙ্খ ভের্যশ্চ বীণা-পণব-গোমুখাঃ।**
**ধুন্ধুর্য্যানকঘণ্টাদ্যা নেদুর্দুন্দুভয়স্তদা ॥ ১৫॥**

### শব্দার্থ

মৃদঙ্গ—লৈপাক্লা শাবা পুঙ; শঙ্খ—মোইবুং; ভের্য্যঃ—পীথ্রাইগী বাজাই জাৎ; বীণা—মরী পানবা বাদ্য যন্ত্র; পণব—বাঁশী মখল অমা; গোমুখাঃ—বাঁশী মখল অমা; ধুন্ধুরী—পুঙ (ড্রম) মখল অমা; আনক—পুঙ মখল অমা; ঘন্টা—শরীক; আদ্যাঃ—অতৈ অতৈ; নেদুঃ—খোঙলম্মী; দুন্দুভয়ঃ—পুঙ মখল মখল; তদা—মতম অদুদা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনা যাত্রা তৌবা) মতমথুদা মৃদঙ্গ, শঙ্খ, ভেরী, বীণা, পণব, গোমুখ, ধুন্ধুরী, আনক, ঘণ্টা (শরীক), দুন্দুভি-নচিংবা বাদ্য যন্ত্র (খোংনবা অমদি মৈনবা যন্ত্র) মখল মখল খোংগৎলকখি ময়্থৎলকখি।

## শ্লোক ১৬

**প্রাসাদশিখরারূঢ়াঃ কুরুনার্য্যো দিদৃক্ষয়া।
ববৃষুঃ কুসুমৈঃ কৃষ্ণং প্রেমব্রীড়াস্মিতেক্ষণাঃ ॥ ১৬ ॥**

### শব্দার্থ

প্রাসাদশিখর—যোলানগী মতোন্দা; আরূঢ়াঃ—কারম্মী; কুরু-নার্য্যঃ—কুরু বংশগী মৌশিংচুনা; দিদৃক্ষয়া—(কৃষ্ণবু) য়েংনীংবনা; ববৃষুঃ—চাইথরম্মী; কুসুমৈঃ—লৈ; কৃষ্ণম্—শ্রীকৃষ্ণদা; প্রেম—নুংশিবনা; ব্রীড়া-স্মিত-ঈক্ষণাঃ—ইকাই-য়ান্নবা মনোক নোক্না য়েংলম্মী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণবু য়েংনীংবনা কুরুশাগেগী মৌশিংচুনা যোলাল মথক্তা কাখৎলম্মী, অদুগা ঈকায়বগা য়ান্নবা নুংশি মোমোন নোক্না নোক্না শ্রীকৃষ্ণগী মথক্তা লৈ চাইথরম্মী।

### নৈনরোল

ঈকায়খীবা হায়বসি নুপী-নুজাশিংগী শকী ফজবা হেঙ্গৎনবা মগুণ থোইদোকপা অমনি। মসিনা মখোয়বু নুপাশিংগী মফমদা সম্মান বংবা ওন্মী। চৎনবী অসি মহাভারতকী মতমদা কাওবা হায়বদি চহী লীশীঙ মঙাদগী হেল্লবা মতমগী মমাঙদগী ঙাক্লক্লিবনি। নুপীগা নুপাগা খায়দোকনবসি মুসলমান্না পানবা যুগ অদুদগী হৌদোক্লম্বনি হায়না পৃথিবীগী ইতিহাস মূল্লা খঙদবা বুদ্ধি য়াংপা মীতাশিংনা হায়। শ্লোকসিদা পল্লিবা থৌদোকসিনা তাকপদি নিংথৌকোনগী লৈমশিংনা পর্দাগী নিয়মসি (নুপাগা লোয়নবদা চেকশিনবা) চৎনরম্মী হায়বসি তাকপনি। ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগা অতৈ ময়ামগা তিল্লম্বা মথাগী অহাঙবা লমদা য়াওরম্বগী মহুত্তা লৈমশিং অদুনা সজাই মথক্তা কাখৎলগা য়ুমথক্তগী শ্রীকৃষ্ণদা লৈ চাইথরকুনা সম্মান উৎলম্মী। যোলাল মথক্তা লৈমশিংচুনা ঈকাইহঙ্গোইবগা লোয়ননা নোক্লম্মী হায়না শ্লোকসিদা পল্লী। ঈকায়বা হায়বসে নুপী নুজাদা প্রকৃতিনা পীবা খুদোল অমনি; মখোয় নুপীশিংচু অতোনবগী ইমুং ওইরবসু অদুগা শক ফজবা য়াৎলবী ওইরবসু ঈকায়-হঙ্গোইবা হায়বা মতৌসিনা মখোয়গী শক অমসুং ইজ্জৎ হেঙ্গৎহল্লি। য়াফমসি ঐখোয় ইশামক্লা হকথেংননা থেংনরবা য়ানি। সড়ক য়াই-শীৎপী নুপী অমবু মাগী ঈকায় হঙ্গোইবা শাজৎকীদমক খ্যাইনা ঈকাই খুয়রিবা ভদ্রলোক অয়াম্বনা সম্মান তৌই। ফি-তংখাই থোকপী নুপীশিংবু কনানসু সম্মান তৌদে, ঈকাই হঙ্গোইগনবী মেথর নিঙোন অমবু খ্যাইনা সম্মান তৌই।

ভারত ঋষিশিংনা উরম্বা মানব সভ্যতাদি মী অমনা মশাবু মায়ালাংদগী থোরক্লবা হোৎনবা হায়বসিনি। নুপীগী শক হায়বসিমক মায়ানি (ওইদবনা অওইবা শাবনি), মরমদি হকচাঙদি লৈপাক, ঈশীং, মৈ, নুংশিৎনচিংবনা শাবনি। জড় দেহ অসি অহিংবা মৈরিক্কা (হায়বদি আত্মাগা) তিল্লরগা লৈবা মরম্না ফজবা ওইরবোই নীংবনি। লৈথোমগী মূর্ত্তিনা য়াম্না নীঙথিনা মাম্না শারবসু কনামতগী পুক্নীং হুবা ঙমদে। অশিবা হকচাঙগী শক ফজদে, শকফজবীনি হায়নরম্বী নুপী অমগী অশিবা হকচাঙচু কনামতনা লৌবিয়ু হায়বা য়াদে। মরমসিনা হায়রিবদি আত্মা হায়বা মৈরীকপীসি কজে অসিনি; আত্মানা ফজবা মরম্না হকচাঙগী ফজবনা মী অমগী পুক্নীং হুবনি। মরমসিনা বৈদিক জ্ঞান্না তাকপদি ওইদবা শক্তানা ঙাওরুগমু হায়বসিনি। ঐখোয়দি খঙদবগী অমম্বদা লৈবনিনা

বৈদিক সভ্যাতানা মুপী-মুপা তিন্ন-খোংনবসি অপন-অরাক য়াওদবমখৈ চৎথবা ফত্তে হায়না তাক্লি। মখোয়না মুপীবু মৈগা অদুগা মুপাবুনা ঘীগা পাংথক্লি হায়। মৈনাক নক্লবদি ঘী শোৌদোকয়ি; অদুনা মখোয়নিসে তঙাই-ফদ্রবদা পুন্নপ লৈমিন্নহনগদৌবনি। ঈকাই-হজোইগনবা মতৌসিনা অপন্-অরাক লৈতনা তিন্নগদবদু থিঙজী। মসি প্রকৃতিগী দান অমনি, অদুনা মসিবু নীংথিনা শীজন্নগদবনি।

শ্লোক ১৭

**সিতাতপত্রং জগ্রাহ মুক্তাদামবিভূষিতম্।**
**রত্নদণ্ডং গুড়াকেশঃ প্রিয়ঃ প্রিয়তমস্য হ॥ ১৭॥**

শব্দার্থ

সিত-আতপত্রম্—অঙৌবা মচুগী পে; জগ্রাহ—পায়খৎলম্মী; মুক্তাদামবিভূষিতম্—মুক্তাপরেংনা লৈতেংলবা; রত্নদণ্ডম্—রত্নগী মখোক পান্‌বা; গুড়াকেশঃ—অতনবব্-ঙম্বা মহাক্না (অর্জুন্না); প্রিয়—মুংশিজবা; প্রিয়তমস্য—খ্বাইদগী হেন্না মুংশিরবা মহাকী (কোকথক্তা); হ—অদুম্না মহাক্না তৌখি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অতন্‌বা-খঙদবা প্রিয়সখা অর্জুন্না খ্বাইদগী হেন্না মুংশিজরম্বা শ্রীকৃষ্ণগী কোকথক্তা মুক্তা-পরেংনা লৈতেংলবা রত্নগী মখোক পান্‌বা পে অদু খাল্লম্মী।

নৈনরোল

নিংথৌগী অকে-অম্নৌগী কৃষ্মৈ-ফীওংদা সনা, মণি, মুক্তানচিংবা মমল-য়াম্বা রত্ন শীজন্নরম্মী। পোৎ ময়ামসি প্রকৃতিনা পীবা ঙাক্লি, মীওইবনা মাগী চঙদবা য়াদবনি হায়দুনা পুখোকহন্নীংদবা পোৎ ময়াম পুখোক্তুনা মতম মাঙহন্নক্তবদা ভগবান্‌গী য়াথংনা চীংমান অমদি সমুদ্রশিংনা মণি-মুক্তাশিংসে থোকহন্‌বনি। খুৎশা-হৈবগী পোৎশাবগী থবক চাওথৎলবনি হায়দুনা হৌজিক মীওইবনা সনা, লুপা পীথ্রাই কোরীগুম্বা ধাতুগী মহুত্তা উ-মখোমগী গোম জাৎ অমগী পাত্র শীজন্নরি। অশেঙবা মাখোনগী মহুত্তা মখোয়না হৌজিক মাখন-মান্‌বী পোত্তা অমা শীজন্নরি। অদুগা সহরগী মী শক্লক মরী খোকপগী অমনা য়ুম-কৈ লৈজদবা ওইরি।

শ্লোক ১৮

**উদ্ধবঃ সাত্যকিশ্চৈব ব্যজনে পরমাদ্ভুতে।**
**বিকীর্যমাণঃ কুসুমৈ রেজে মধুপতিঃ পথি॥ ১৮॥**

শব্দার্থ

উদ্ধবঃ—কৃষ্ণগী মচীম্ননাও থোকপা অমা; সাত্যকিঃ—কৃষ্ণগী সারথি; চ—অমসুং; এব—লেপ্পমক; ব্যজনে—চামর; পরম-অদ্ভুতে—অঙকপগী মশক ওইবা; বিকীর্যমাণঃ—চাইরম্বা; কুসুমৈঃ—লৈ ময়ামনা; রেজে—ঙাল্লম্মী; মধুপতিঃ—মধুগী মবুংঙো (শ্রীকৃষ্ণ); পথি—লম্বীদা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

উদ্ধব অমসুং সাত্যকি অনীনা অঙকপনী-মশক ওইবা চামর অমমম পাররহুনা থৌগল্লম্মী অদুগা মধুগী মবুংঙো শ্রীকৃষ্ণ নৈ চাইরম্ল লম্বীথক্তা ভাম্বোইরম্মী।

শ্লোক ১৯

**অশ্রূয়ন্তাশিষঃ সত্যাস্তত্র তত্র দ্বিজেরিতাঃ।**
**নানুরূপানুরূপাশ্চ নির্গুণস্য গুণাত্মনঃ॥ ১৯॥**

শব্দার্থ

অশ্রূয়ন্ত—নাকোঙদা চঙলম্মী; আশিষঃ—য়াইফথোন (আশীর্ব্বাদ); সত্যাঃ—সত্য পুম্বা; তত্র তত্র—অমদা অমদা; দ্বিজ-ঈরিতঃ—ব্রাহ্মণশিংনা হায়রম্বা; ন—নত্তে; অনুরূপ—মতীক-ওকপা; অনুরূপাঃ—মতীক-ওকপা; চ—অমসুং; নির্গুণস্য—পরমানন্দগী মশক ওইবা মহাক্কী; গুণ-আত্মনঃ—মীওইবগী ভূমিকা লৌরিবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

গুণ অহুমগী রাংমদা লৈবা পরমানন্দ-স্বরূপ ওইবা শ্রীকৃষ্ণদা 'নহাক মুংঙাইযুকো' হায়বা আশীর্ব্বাদসি (য়াইফথোন অসি) মতীক-ওকপা পোৎ নত্তে, অদুবু চিন্ময় ওইবা নিত্যগুণ পুম্নমক্তা তিল্লবা অদুগা মীওইবগী ভূমিকা লৌবা ওইরবসু, ব্রাহ্মণশিংনা পীরম্বা আশীর্ব্বাদ বচনশিংদু, শ্রীকৃষ্ণনা লম্বীদা লেংলম্বদা মাগী মনাকোঙনা তারম্মী।

নৈনরোল

লম্বী লমখাঙদা অমদসু অমদসু বেদমন্ত্রগী আশিষ-বচন ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণদা উচ্চারণ তৌরকখি। আশিষ বচনশিংদু ভগবান্না মহারাজ যুধিষ্ঠিরগী মনাও অমা ওইনা নরলীলা শান্নরম্বনিনা মতীকচাবা বচন-ভাক্তি হায়বা য়াই; অদুবু ভগবান্দি পরমানন্দ-স্বরূপ অদ্বয় তত্ত্বনিনা অদুগা প্রাকৃত সম্বন্ধগী থবক করিসু তৌনঙাই লৈতবনিনা মঙোন্দা আশীর্ব্বাদ তৌবদি মতিক-ওকপা থবক নত্তে। মহাক্তি নির্গুণ ওইবনি হায়বদি মঙোন্দা প্রাকৃত গুণ চঙদে, তৌইগুম্বসুং প্রাকৃত-নত্তবা গুণ পুম্নমক মঙোন্দা লৈ। প্রাকৃত-নত্তবা (দিব্য) জগত্তা তুমা-চৎপা (দ্বন্দ্ব) লৈতে, অদুগা অমগা অমগা মরী-লৈনবা প্রাকৃত জগত্তদি পোৎ থুদিংগী ওন্নতৈনবা ভাব (দ্বন্দ্ব-ভাব) লৈ। দ্বন্দ্বগী জগত্তদি অঙৌবা মচুসি অমুবগী ওন্নতৈনবা মচুনি, অদুগা দিব্য জগত্তদি অঙৌবগা অমুবগা খেন্নবা হায়বা অমা লৈতে। মরমদুনা ব্রাহ্মণশিংনা উচ্চারণ তৌরম্বা আশীর্ব্বাদ-বচনশিংদু নির্গুণ ওইবা ভগবান্ মাগী মরীদদি তুমা চৎপগী খেন্নবদৌনা তৌয়ি, অদুবু বচনশিংদু নির্গুণ ভগবান্দা প্রয়োগ তৌবা মতমদা খেন্নবদু মাঙখিদুনা চিন্ময় ওইরকয়ি। ভাব অসি থুদম অমনা শেংনা খঙবা য়াগনি। ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণবু করিগুম্বা মতমদা হুরান্বনি হায়। মহাক মাগী শুদ্ধ ভক্ত মরক্তা 'মাখন-চোরা' (মাখন-হুরান্বা) হায়না খঙনৈ। অঙাং-নাবা ওইরিঙৈদা মহাক বৃন্দাবনদা য়ুমলোন্নবশিংগী ময়ুমদগী মাখন হেক হেক হুরাল্লী। মতুদগী মহাক হুরান্বা হায়না খঙনৈ। হুরান্বা অমা ওইনা মমিং চৎলবসু মহাকপু হুরান্বা ওইনা ওইনা অদুম পূজা তৌনৈ, অদুগা প্রাকৃত -লোক অসিদদি হুরান্ববু শাস্তি পীনৈ অদুগা কনানসু মাবু থাগত্তে। মহাক্তি পরমেশ্বর ভগবান্নিনা মঙোন্দা থোন্জল্লিমথে ঊরাদা য়াই; দ্বন্দ্ব-ভাবসি লৈন-লৈনমক মহাক পরমেশ্বর ভগবান হায়বদু অদুম ওইনা লৈ।

## শ্লোক ২০

**অন্যোন্যমাসীৎ সংজল্প উত্তমশ্লোকচেতসাম্।**
**কৌরবেন্দ্রপুরস্ত্রীণাং সর্ব্বশ্রুতিমনোহরঃ॥ ২০॥**

### শব্দার্থ

অন্যোনম্—অমগা অমগা; আসীৎ—লৈরম্মী; সংজল্পঃ—বারী শাবা; উত্তমশ্লোক—খজংলবা শ্লোকশিংদা থাগৎলবা পরতত্ত্ব (শ্রীকৃষ্ণ); চেতসাম্—পূকচেন্ চেন্বশিংগী; (উত্তমশ্লোকচেতসাম্—ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী বাখল্দা লুপপ্রবী); কৌরবেন্দ্র—কৌরবশিংগী নিংথৌ; পুর—কোন্নুং; স্ত্রীণাম্—লৈমশিংগী; (কৌরবেন্দ্রপুরস্ত্রীণাম্—কৌরবশিংগী নিংথৌগী কোন্দা লৈবী লৈমশিংগী); সর্ব্ব—পুম্নমক; শ্রুতি— বেদশিং; মনোহরঃ—পুক্লীং-হুবা; (সর্ব্বশ্রুতিমনোহরঃ—বেদশিংগী পুক্লীং-হুবা হায়বদি বেদমন্ত্রদগী হেন্না পুক্লীং-হূনগাই ওইবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

খজংলবা শ্লোকশিংদা থাগৎলবা পরমেশ্বর ভগবান্গী বাখল্দা লুপ্পবী কৌরব-নিংথৌকোন্গী লৈমশিংগী মরক্তা বেদ পুম্নমক্তা থাগৎলবা কৃষ্ণ-কথাহ্ বারী মখোয় মশেল অমগা অমগা তৌনরম্মী।

### লৈনরোল

বৈদিক সাহিত্য পুম্বনা লৈনরিবা পম্মুংদি পরমেশ্বর ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণতনি হায়না ভগবদগীতাদা হায়রি। অশেংবমক ভগবান্গী যশঃ-গুণদি বেদ, রামায়ণ অমদি মহাভারত-নচিংবা লাইরীকশিংদা বর্ণনা তৌরি। শ্রীমদ্ভাগবতম্‌দা ভগবান্গী মরমদা যশঃগুণশিংদো থোইদোক হেন্দোক্লা শক্লি। মরমসিনা কুরুশাগেগী নিংথৌ সন্নাইশিংগী মথক্তা লৈমশিংনা ভগবান্ কৃষ্ণগী মরমদা বারী শানরম্মীবা অদু বেদ-মন্ত্রশিংদগী হেন্না পুক্লীং পেন্নগাই ওইরম্মী। ভগবান্বু থাগৎতুনা শক্লবা শ্লোক অদু শ্রুতি-মন্ত্রনি হায়বা তারে। গোড়ীয় সম্প্রদায়গী আচার্য্যলক্তা অমা ওইরিবা ঠাকুর নরোত্তম দাসগী ঈশৈ য়াম্না লৈ, মখোয়হ্ অরায়বা বাংলা লোন্দা ইবনি। ঠাকুর নরোত্তম দাসগী ঈশৈ-শিংবু গৌড়ীয় সম্প্রদায়সিমকী অতোপ্পা লাইরীক য়াম্না হৈবা আচার্য্য ঠাকুর বিশ্বনাথ চক্রবর্ত্তী হায়রবতুনা বেদমন্ত্রগুম্বনি হায়না থাগৎলম্মী। বেদমন্ত্রগুম্বনি হায়রুবগী মরমদি ঈশৈশিংহুগী বিষয় অদুমক্তা হায়বনি। লোন্গী বাদি মরু-ওইবা বা নত্তে, মরু ওইরিবদি বিষয়বস্তুনি। ভগবান্গী বাখল অমসুং লীলাদা লুপ্পবী লৈমশিংহুদা বৈদিক জ্ঞান ভগবান্গী কৃপানা পোক্লম্মী। মরম-সিনা, অসিগুম্বী লৈমশিংহু সংস্কৃত লোন হৈবী ওইরম্বহু য়াই ওইরমদবহু য়াই, অদুমকপু মখোয়না ঙাঙনরম্বা বাহ্ বেদমন্ত্রদগী হেন্না পুক্লীং হূনগাইনি। উপনিষদ্‌শিংদা য়াওরিবা বেদমন্ত্রশিংহ্ করিগুম্বা ভগবান্গী মরমদা অপাম্বনা পন্দবা য়াওরি। অদুবু লৈমশিংহুনা শানরম্বা বারীশিংহুদি ভগবান্গী মরমদা অপাম্বনা শারম্বনি, মরম অদুনা মখোয়গী বারীশিংহু হেন্না থম্মোই-পেন্নগাই ওইরম্মী। লৈমশিংগী বারীশিংহুনা ব্রাহ্মণশিংগী আশীর্ব্বাদ-বচনশিংদগী মমলহেন্বা পোক্তা ওইখি।

## শ্লোক ২১

**স বৈ কিলায়ং পুরুষঃ পুরাতনো**
**য এক আসীদবিশেষ আত্মনি।**
**অগ্রে গুণেভ্যো জগদাত্মনীশ্বরে**
**নিমীলিতাত্মন্নিশি সুপ্তশক্তিষু॥২১॥**

### শব্দার্থ

সঃ—মহাক(কৃষ্ণ); বৈ—ঐ নীংশিংবদা; কিল—লেপ্পমক; অয়ম—অসি; পুরুষঃ—পরমেশ্বর ভগবান্; পুরাতনঃ—ইহান্-হানবা; যঃ—মহাক; একঃ—অমতা ওাত্নবা; আসীৎ—লৈরম্মী; অবিশেষঃ—শক্লাইদবা; আত্মনি—লল্লাই মশাদা; অগ্রে—সৃষ্টিগী মমাঙদা; গুণেভ্যঃ—প্রাকৃতগুণশিংগী; জগৎ-আত্মনি—পরমাত্মাদাঃ ঈশ্বরে—পরমেশ্বরদা; নিমীলিত—তিন্থ্রবা; নিশিসুপ্ত—অহিংদা (প্রলয়দা) তুম্বা; শক্তিষু—শক্তিশিংগী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অসুম্না হায়নৈ, মহুদি—সত্বনচিংবা প্রাকৃতগুণ অহুমগী সৃষ্টিগী মমাঙদা অমসুং প্রলয়গী মতমদা উপাধি-ওইরকপা সত্বনচিংবা শক্তিনা তুম্লবদা (তুমীন্না লৈরবদা) অনন্তকোটী ব্রহ্মাণ্ডগী সমষ্টি অন্তর্য্যামী পরমাত্মা স্বরূপ ওইবা ঈশ্বরদা হায়বদি গর্ভোদশায়ী ঈশ্বর বিষ্ণুদা জীবশিংনা চঙহুনা তিন্থ্রবদা মায়াগী বাংমদা মশামক্কী মশক অহুমক্তনা অনীগুদবা (অদ্বিতীয়) মওোন্দগী হান্বা অমা লৈত্রবা (অনাদি), ইহান্-হান্বা (আদি), লিরেন-লিবা (পুরাণ) পুরুষ হায়না ওাস্থোইরিবহু শ্রীকৃষ্ণ অসিনি।

### নৈনরোল

শক্উৎলিবা জগৎকী প্রলয় (তুম্বা) মখল অনী লৈ। সৌরবর্ষ ৪,৩২০,০০০,০০০-থক হেক হেক শুবদা ব্রহ্মাণ্ডগী মপু ব্রহ্মানা তুম্বা হৌরবা মতমদা প্রলয় অমা থোকয়ি। অদুগা ভগবান্ ব্রহ্মাগী পুন্সি লোইরবদা হায়বদি ব্রহ্মাগী চহী চামা শুহুনা লোইরবদা হায়বদি ঐখোয় মীরম্নেনগী চহী মশীংদা হায়রগা সৌরবর্ষ ৮,৬৪০,০০০,০০০ × ৩০ × ১২ × ১০০ অসিনা শুরগা ওইবা মতমদা বিশ্বব্রহ্মাণ্ড পুম্নগী মহাপ্রলয় ওই; অদুগা প্রলয় অনীগী মতমন্নুংদা মহতত্ত্ব কৌবা প্রাকৃত শক্তিনে অদুগা জীবতত্ত্ব কৌবা তটস্থশক্তিনে অনীমক পরমেশ্বর ভগবান্গী মনুংদা চঙহুনা লৈ। প্রাকৃত ব্রহ্মাণ্ডগী সৃষ্টি অমূক তৌত্রিকাওবা ভগবান্গী দেহ-মুংদা জীবশিংনা তুমহুনা লৈ মহুনি উরিবা জগৎসিগী সৃষ্টি, স্থিতি অমসুং প্রলয় ওইবগী মতৌ।

প্রাকৃত গুণ অহুম্ ভগবান্না মখুম মরাং হৌহল্লগা গুণশিংনা মহৈ মহৈ থবক তৌরক্লগা থবক্কী ফল ওইনা প্রাকৃত সৃষ্টি থোকপনি. মরমহুনা ভগবান্দি প্রাকৃত গুণ সৃষ্টি তৌত্রিঙৈগী মমাঙদগী লৈরক্লবনি হায়না নৈনরিবা শ্লোকসিদা হায়রিবনি। সৃষ্টিগী মমাঙদা পরমেশ্বর ভগবান্ বিষ্ণুদমক লৈরম্মী, অদুগা ব্রহ্মা, শিবনচিংবা অতৈ দেবতা অমতা লৈরমদে হায়না শ্রুতিমন্ত্রদা হায়রি। বিষ্ণুগী অর্থদি কারণার্ণবশায়ী ভগবান্ মহাবিষ্ণু অদুনি। মহাক্না সোর হোন্দোরকপদা ব্রহ্মাণ্ড ময়ামসি মহ্ন অপীকপা ওইনা থোকখিবনি; অপীকপা মহ্নশিংসিনা অচৌবা মওংগী ওইথংলকপনি অদুগা ব্রহ্মাণ্ড অমমমগী মন্নুংদা শীংলাকওমদবা মশীংগী গ্রহলোক ময়াম পোকখিবনি। ব্রহ্মাণ্ডশিংগী

মরূশিংদু চাউখৎলকপদি খোংনাংবট পাম্বী অচৌবা অমগী মরূ ময়াম্না শীংলাক-ওমদবা মশীংগী বট-পাম্বী ময়াম ওইনা চাউখৎলকপগুম্বনি।

মহাবিষ্ণু অসি ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী অংশনি; শ্রীকৃষ্ণবু ব্রহ্মসংহিতাদা মখাগী অসুম্না হায়রি:—

"মহাবিষ্ণুনা মাগী অংশ ওইরিবা অদুগুম্বা আদিপুরুষ পরমেশ্বর ভগবান্ গোবিন্দবু খুরুমজরি। ব্রহ্মাণ্ডশিংগী মপু ওইরিবা ব্রহ্মা পুম্নমক্না মহাক্কী (মহাবিষ্ণুগী) তুখোংদগী ব্রহ্মাণ্ড ময়াম থোরক্লবা মতুংদা হিংলম্বসি মহাক্না (মহাবিষ্ণুনা) সোর হোন্দোরকপদা চংবা মতমদুখক্তনি।" (ব্রহ্মসংহিতা ৫।৫৮)

মতৌ অসুম্না গোবিন্দসি হায়বদি ভগবান্ কৃষ্ণসি মহাবিষ্ণুগীসু থোরককম্নি (কারণ অদুনি)। বেদ তত্ত্বসিগী মরমদা কৌরবকী লৈমশিংনা তাংনরম্লিবদু মথোয়না মহাজনশিংগী মফমদগী মনাকোংদা শোয়দনা তারমগনি। মহাজনশিংতনা মায়াগী বাংমদা লৈবা বিষয়বু চপচানা খংনবগী অমতা ঙায়বা পাম্বৈনি। অতোপ্পা পাম্বৈ অমা লৈতে।

ব্রহ্মাগী চহী চামা হেক লোইবগা জীবশিংনা মহাবিষ্ণুগী দেহ-মুংদা লীন ওইবসি অদুম হেক্তা ওইবনি। মদুদা জীব অমগী মশক মাংলে হায়বা নত্তে। মাগী মশক অদু অদুম তোঙাল্লা লৈজে। ভগবান্গী ইচ্ছাদগী সৃষ্টি অমমূক লাকপগা তুম্লম্বা অমদি থবক-তৌরমদবা জীবশিংবু মথোয়গী নহালমূক্কী মপোক্তা তৌথিবা থবক অদু অমূক তৌথনবা হায়দুনা থাদোরকয়ি। মসিবু সুপ্তোত্থিত ন্যায় হায়বদি তুম্লম্বদগী হৌগৎলগা নহালমূক্কী মপোক্তা তৌরম্বা থবক্তো চৎথরকপা হায়নৈ। কনাগুম্বনা অহিংদা তুম্লবা মতমদা মহাক মশামকপু কাউথোকয়ি, অদুগা মহাক কবি ওই, মথৌ করিনো অমসুং তুম্জিনৈদা খংবা খুদিংমক কাউথোকয়ি। অদুবু তুম্বদগী হেক হৌগৎপগা মানা তৌগদবা থবক পুম্নমক নীংশীংভী অদুগা মাগী মথৌ য়াৎতুনা থনম্বা অদু তৌবা হৌগৎলী। প্রলয়গী মতমদা জীব পুম্নমকসু মহাবিষ্ণুগী দেহ-মুংদা লুপ্তুনা লৈ (লীন ওই) অদুগা সৃষ্টি অতোপ্পা অমা হেক লাকপগা মথোয়গী নহালমূক্কী মপোক্তা লোইদদুনা লেমহৌবা থবক অদু পায়খৎনবা তুম্লবদগী হৌগৎপদোনা থোরকয়ি। বাফমসিসু ভগবদ্গীতাদা হায়রিবনি। (৮। ১৮-২০)।

ভগবান্দি সৃষ্টি-শক্তিবু থবক পায়হন্ত্রিবৈগী মমাংদগী লৈরবনি। ভগবান্ প্রাকৃত-শক্তিনা খোকহল্লকপা পোৎ নত্তে। মাগী দেহদি পুম্নমক চিন্ময় ওাক্তনি অদুগা মাগী দেহগা মামকা কল্লিমতা খেল্লবা লৈতে। সৃষ্টিগী মমাংদা ভগবান্দি মাগী অমতা ঙায়বা থামদা লৈরম্মী।

শ্লোক ২২

স এব ভূয়ো নিজবীর্য্যচোদিতাং
স্বজীবমায়াং প্রকৃতিং সিসৃক্ষতীম্।
অনামরূপাত্মনি রূপনামনী
বিধিৎসমানোঽনুসসার শাস্ত্রকৃৎ॥ ২২॥

শব্দার্থ

সঃ—মহাক (ভগবান্); এব—অসুম্না; ভূয়ঃ—অমূক হন্না; নিজ—মশামক্কী; বীর্য্য—বীর্য্য; চোদিতাম্—পাংথোকপা; (নিজবীর্য্য-চোদিতাম্—মশামক্কী কাল-শক্তিনা ইনশল্লকপা); স্ব—মশামক্কী; জীব—জীব; মায়া—বহিরঙ্গা শক্তি; প্রকৃতিম্—প্রকৃতিদা; সিসৃক্ষতীম্—সৃষ্টি-তৌনীংবী; অনামরূপ-আত্মনি

—মিংগা শক্তা য়াওদবা জীবদা; রূপ-নামনি—রূপকা নামগা; বিধিৎসমানঃ—হাপ্পিংঙহনা; অনুসসার —অন্তর্য্যামী ওইনা লৈখি; শাস্ত্রকৃৎ—বেদশাস্ত্র শেম্বা মহাক্না।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

পরমেশ্বর ভগবান্ অসিনা মহাক্কী অংশ ওইবা জীবাত্মাশিংদা নাম অমসুং রূপ পীনীংলহনা। মখোয়বু প্রকৃতিগী মখুৎতা থিল্লরমখি। মহাক্কী বীর্য্যশক্তিনা প্রকৃতিদা সৃষ্টি অমুক তৌনবা থিল্লরম্মী।

নৈনরোল

জীবাত্মাশিংসে ভগবান্গী অংশ ওাক্তনি। মখোয়গী মখল অনীনি, মদুদি নিত্যমুক্ত অদুগা নিত্যবদ্ধ জীব। নিত্যমুক্তশিংদি মতম পুম্বদা মরান-খুভম-ফংলবা আত্মা ওাক্লি। মখোয়সিনা মতম পুম্বদা প্রাকৃত জগৎকী রাংমদা লৈবা ভগবদ্ধামদা ভগবান্গী প্রেম-সেবা তৌদুনা লৈ। অদুগা নিত্যবদ্ধশিংনা (মায়া-লাংদা মতম পুম্বা থুদুনা লৈবা জীবাত্মাশিংবুনা) মখোয়গী পরম পিতা ভগবান্গী হায়বা ইন্দবা লমহেনবা শাজৎ চৎলিবদু তোকহন্নব্গীদমক মহাক্কী বহিরঙ্গা শক্তি মায়াগী মখুত্তা থিল্লে। নিত্যবদ্ধশিং অসিনা মখোয় ভগবান্গী অংশনি হায়বা সম্বন্ধবু মতম পুম্বদা কাউহনদা লৈ। মখোয় জড় ওইবা ভূতশিংদগী থোরকপনি হায়দুনা মায়ানা মখোয়গী বুদ্ধি চোইহল্লি। মতৌ অসুম ওইখিবনা মখোয়না প্রাকৃত জগৎতা মুংঙাইনবনি হায়দুনা থৌরাং কয়া লাওদুনা লৈ। মখোয়না হরাও-হুন্নাওনা থৌরাংশিংদু তৌদুনা চৎথৈ, অদুবু ভগবান্গী ইচ্ছানা থৌরাংলিবা মীশিংবুনে অদুগা থৌরাংশিংনে অকক্লবা মতম থরগী মতুংদা প্রলয়দা মাংহল্লী; রাকমসি মথক্তা পনগ্রবনি। মসি ভগবদগীতাদসু মখাগী অসুম্মা হায়রিঃ—"হে কুন্তীনা পোকপা অর্জুন, কল্প অমা থম্বা মতমদা জীব পুন্নমক ঐগী প্রকৃতিদা চঙই. অদুদগী সৃষ্টিগী মতম য়োরক্লবদা প্রকৃতিবু শীজন্নদুনা সৃষ্টি অমুক তৌহল্লী।" (ভগবদগীতা ৯।৭)

'ভূয়ঃ' হায়বা শব্দসিনা হায়রিবদি হন্না হন্না হায়বনি; হায়বদি সৃষ্টি-স্থিতি-প্রলয়গী থবক অসি ভগবান্গী বহিরঙ্গা শক্তিনা (প্রকৃতিনা) মতম-চুপ্পা তৌদুনদা লৈরিবনি। ভগবান্দি পোৎ খুদিংমক্কী থোরকফম্নি (কারণ-ওইবনি)। অদুবু জীবাত্মাশিংগী স্বরূপকী হায়রগদি মখোয়সে ভগবান্গী অংশ ওইরগা ভগবান্গা লৈনরিবা মধুর সম্বন্ধদুবু কাউদুনা লৈথোকপদনি, অদুনা বহিরঙ্গা শক্তিগী (মায়াগী) মখুত্তগী লাম্থোকপা য়াননবা সুযোগ অদু মখোয়দা পীবিরে। ভগবানবু খঙবা ঙম্নবা জীবগী বুদ্ধি অদু অমুক থোকহন্নবা হায়দুনা ভগবান্না লাইতাক-শাস্ত্রগ্রন্থ কয়ামুক পুথোক্লম্মী। নিত্য-বদ্ধ জীবশিংনা প্রাকৃত জগৎপু সৃষ্টি প্রলয় হন্না তৌবদগী অদুগা হন্না হন্না প্রাকৃত দেহ ফংবদগী লাম্থোকপা য়াননবগীদমক লম্বী তাক্লবা হায়দুনা লৈরিবনি বেদ-শাস্ত্রশিংসে।

ভগবান্না ভগবদগীতাদা হায়— সৃষ্টি-জগৎ অসিগা অপরা প্রকৃতিগা অনীসি ঐগী ইথাদা লৈবনি। প্রকৃতিগী প্রভাবভগী মখোয়সি হন্না হন্না সৃষ্ট ওইবনি; মসি তৌরিবসি ঐগী বহিরঙ্গা শক্তি শীজন্নরগা ঐনা তৌবনি।

তশেংবদি চিন্ময় জীবাত্মাশিংগী প্রাকৃত নাম অমসুং রূপ লৈতে। অদুবু প্রাকৃত নাম অমসুং রূপ লৈবা প্রকৃতিগী মপু জীবশিংনা ওইনীংবদু থুংহন্নবা হায়দুনা মখোয়দা অসিগুম্বা ওইদবা ভোগ তৌবগী তাঞ্জা অমা পীবি, অদুগা লোয়ন লোয়ননা মখোয়গী স্বরূপ অশেংবা কয়িনো হায়বদু লাইতাক ওইবা বেদ শাস্ত্রগী মতেঙনা খঙনবা তাঞ্জাসু মখোয়দা পীবিরে। পঙসু পঙবা অদুগা কাউজনসু থীবা জীবনা ওইদবা নাম রূপকীদমক হোৎনদুনা চিল্লি। অসিগুম্বা ওইদবা নাম-রূপকী পরিণতিদি হৌজিককালগী জাতীয়বাদ অসিনি। মীওইবশিংনা ওইদবা মিংগা শক্তা অনীসিগীদমক

ঙাওদুনা চংনৈ। ফীভম থরগী মথা পোন্দুনা ফংবা দেহগী মওংবু অওইবনি (সং-মি) হায়না লৌম্নি, অদুগা অদুম্না লৌরিবা মিংদুনা মায়াবদ্ধ জীববু মতবাদ কয়াগী নামাদা শক্তি শেরান্না শীজন্নবা ঙাওহল্লী। অদুম ওইনমক শাস্ত্রশিংনা জীবগী স্বরূপ অশেঙবা খঙনবা লাংলা-লংজিন্দু পীরি, অদুবু ভগবান্না তোঙান তোঙানবা মকম মতমগীদমক লেংলম্বা শাস্ত্রশিংদগী পাউতাক মীওইবনা লৌনীংদে। খুদমগী মশক ওইনা হায়রগা, ভগবদগীতাসি মীওইবা খুদিংগী লমজিং পাউতাক্নি। অদুবু মায়ানা শুম্বা মরম্না মখোয়না ভগবদগীতাগী মতুং ইন্না পুন্সিগী তৌগদবা মখোদু পাঙথোক্নবা হোৎনদে। ভগবদগীতাগী পাউতাকশিংদু মুম্না খঙলবা মীনা মথা তমথনবা লাইরিক্না শ্রীমদ্ভাগবতম্নি। লাইবক থীবা মরম্না মীয়াম্না লাইরিকশিংসিগী মহাও খঙদে, মরমদুনা হন্না পোক্ন-শির তৌননবা মখোয়বু মায়ানা খুদুম চল্লী।

শ্লোক ২৩

**স বা অয়ং যৎপদমত্র সূরয়ো জিতেন্দ্রিয়া নির্জিতমাতরিশ্বনঃ।**
**পশ্যন্তি ভক্ত্যুৎকলিতামলাত্মনা নন্বেষ সত্ত্বং পরিমাষ্টুর্মর্হতি॥ ২৩ ॥**

শব্দার্থ

সঃ—মহাক; বৈ—লেপ্পমক; অয়ম্—মসি; যৎ—মদু; পদম্ অত্র—ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণদু অসিদা লৈরে; সূরয়ঃ—কবিশিংনা, ভক্তশিংনা; জিত-ইন্দ্রিয়াঃ—ইন্দ্রিয় খুদুম চল্লবা; নির্জিত—মপূঙ ফানা খুদুম চল্লবা; মাতরিশ্বনঃ—থবাই (প্রাণ); পশ্যন্তি—উজেয়ে; ভক্তি—ভক্তিনা; উৎকলিত—খৌরাংলকপা; অমল-আত্মনা—মক্ত্রবা পুক্নীংনা মখোয়গী ওইরিবা অদুগুম্বা মখোয়না; ননু—লেপ্পমক, এষঃ—মসিতনা; সত্ত্বং—লৈবা; পরিমাষ্টুর্ম্—পুক্নীং মকপা মপূঙ ফানা কোক্নবগীদমক; অর্হতি—মতীক ওইয়ে।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সংসার অসিদা ইন্দ্রিয়শিংবু লাকশন্দুনা অদুগা প্রাণ বায়ুবু থিংদুনা জ্ঞানী সাধুশিংনা ভক্তিদগী ওইরকপা খৌরাংবগা লোয়নননা মক্ত্রবা বুদ্ধিনা মহাকী পরম পদ নত্রগা স্বরূপ অদুবু দর্শন তৌরিবা অদুগুম্বা বিষ্ণুদে। মহাকসিনি, হে সখি, মহাক্তি পুম্নমক্কী বুদ্ধিবু শেংদোকপা ঙম্মী; যোগনচিংবনা মদু ওইহনবদি ওইথোক্কে নত্রগা মহাকসিনা ঐখোয়গী জ্ঞান মাঙহল্লগা লাপ্না চংখিদুনা ঐখোয়গী ইন্দ্রিয়শিংগী উররোইদোবা ওইবস্নু চুমদে, মরমদুনা মহাকসিগা লোয়নননা চংপনা চুম্মী।

নৈনরোল

মাগী ওইবা অশেঙবা স্বভাবতা ভগবান্বু খঙগে হায়রবদি শুদ্ধ ভক্তিগী মপান্থনা খঙগনি হায়বসি ভগবদগীতানা হায়রি। মরমসিনা, চেংলবা ভক্তিনা পুক্নীংগী অমোৎপবু কোকহনবা ঙম্নবা ভগবদ্ভক্ত অথোইবশিংদুনা ভগবান্বু মাগী স্বরূপ অশেঙবদা খঙবা ঙমজে। 'জিতেন্দ্রিয়'গী অর্থদি ইন্দ্রিয়-খুদুম-চল্লবা মী হ'য়বনি। ইন্দ্রিয়শিংদি দেহগী থবক তৌবা শক্তি ঙাক্নি, মখোয়গী থবক অদু তোকহনবা ঙমদে। যোগগী খুৎশেম পাম্বেনা ইন্দ্রিয়শিংগী থবক লেপহনবা ঙমদে হায়বসি মহাযোগী বিশ্বামিত্র মুনিগী পুন্সিনা তাকয়ি। বিশ্বামিত্র মুনিনা যৌগিক উপায়না ইন্দ্রিয়শিংবু থমাইদুনা খুদুম চল্লম্মী, অদুবু মহাক্না (স্বর্গগী অপ্সরা হায়বদি থ্বাইগী ওইবী লুপী) মেনকা থেংনরুবদা মহাক পাদোঙলীংখি, অসুম্না মাগী ইন্দ্রিয়-দমন তৌনবা খুৎশেম উপায় যোগদু কৈস্ন

কায়খিদে। তৌইগুম্বসুং শুদ্ধভক্তশিংগীদি ইন্দ্রিয়শিংনা থবক তৌবহু খুৎশেম পাম্বনা থিংদে, মখোয়দা অফ-কত্ত থবক পী। ইন্দ্রিয়শিংদা মখোয়না হেন্না পামগদবা থবক পীরবদি পাম্বা য়াৎপা থবক্তা মখোয়বু চিংথোকপা ঙমদে। ভগবদ্গীতাদা হায়রবদি ইন্দ্রিয়শিংবু হেন্না ফবা থবক্তা শীজন্নরবদি মখোয়বু খুতুম চনবা ঙম্মী। ইন্দ্রিয়শিংবু শুদ্ধ ওইহনবা হায়রবদি মখোয়বু ভক্তিগী থবক্তা শীজন্নবা হায়বসে ভক্তিযোগগী তৌদবা য়াত্রবা অমনি। ভক্তিযোগ হায়বসি থবক তৌদবা হায়বা নত্তে। ভগবৎ-সেবাগীদমক তৌবা থবক খুদিংমক্কী মায়ানা মঙোন্দা পকহল্লম্বা অমোৎপহু খুদক্তা কোকই। খঙদবদগী মায়ালাংদা থুবনি। বাসুদেব নত্তবা করিমতা লৈতে। বাসুদেবনা লোইরে হায়বা য়াখল্লে জ্ঞানীশিংদি মতম শাংনা সাধন তৌরবা মতুঙদদা মখোয়গী থম্মোয়মুংদা পোকই। তৌইগুম্বসুং মখোয়গী লম্বীদি বাসুদেবনা পুম্নমক্কি মানা লোইরে হায়বা জ্ঞান অসিতনা লোয়্রে। ভক্তিযোগগী মতাঙদদি বাসুদেবনা মরোইরে হায়বা মতসি অহানবদগী লৌই, অহুগা ভগবান্গী কৃপানা ভক্তগী থম্মোইমুংদগী তাক্লকপা মতুং ইন্না ভক্তগী থম্মোই-লকামুংদা তশেংবা জ্ঞান অহু ফাওরকই। মরমসিনা ভক্তিযোগনা পাম্বে ওইহুনা ইন্দ্রিয় খুতুম চনবনা খ্বাইদগী লায়বা অহুগা অমতা ঙায়বা পাম্বেনি।

শ্লোক ২৪

**স বা অয়ং সখ্যনুগীতসৎকথো বেদেষু গুহ্যেষু চ গুহ্যবাদিভিঃ।**
**য এক ঈশো জগদাত্মলীলয়া সৃজত্যবত্যত্তি ন তত্র সজ্জতে ॥ ২৪॥**

শব্দার্থ

সঃ—মহাক; বৈ—সু; অয়ম্—মসি; সখি—হে ইতা; অনুগীত—শরুরিবা; সৎ-কথঃ—অওইবা য়ারী; (অনুগীত-সৎকথঃ—মাগী অওইবা অশেঙবা য়া শক-শোন্নরিবা মহাক); বেদেষু—বেদশিংদা; গুহ্যেষু—থ্অুপ্পা; চ—অমসুং; গুহ্যবাদিভিঃ—অথ্অুপ্পা খঙবা ভক্তশিংনা; যঃ—মহাক; একঃ—অমতা ঙায়বা; ঈশঃ—পরমেশ্বর; জগৎ—জগৎকী; আত্ম—পরমাত্মা; লীলয়া—লীলা শান্নহুনা; (জগৎ-আত্ম-লীলয়া—জগৎকী পরমাত্মা ওইবা মহাকী লীলা শান্নবনা মরম ওইহুনা); সৃজতি—সৃষ্টি তৌই; অবতি—(সৃষ্টিহুবু) পালন তৌই; অত্তি—লোইশল্লি (প্রলয় তৌই); ন—নত্তে; তত্র—মহুদা; সজ্জতে—লুপ্পী; (ন তত্র সজ্জতে—মহুদা লুপ্তে)।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে সখি, মহাকসে বেদশাস্ত্রশিংদা অহুগা অথ্অুপ্পনা থনবা আগমশিংদা অথ্অুপ্পা খঙবা ভক্তশিংনা মাগী সৎ (অফবা) ওইবা পবিত্র কথা পুম্বা মতৌ অসুম্না শক শোন্নৈ, অহুগুম্বা অমতা ঙায়বা পরমেশ্বর মশামক্তা মনীংতম্না লীলা শান্নবনা মরম ওইহুনা বিশ্ববু সৃষ্টি, পালন অমদি প্রলয় তৌই; অহুমদি ওইরগা মহুদা মশামক্তি লুপ্তে। অহুগুম্বা মহাক্তো ঐখোয়গী মাঙদা লেপ্লিবসিনি।

নৈনরোল

ভগবদ্গীতাদা হায়রিবা অহুনি মহুদি—বেদশাস্ত্র পুম্নমক্তা ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী মহিমাবু শক-শোল্লী। য়াকমসি ভাগবতম্দসু য়াওরিবসিনি। মহান্ ভক্তশিংনা অমসুং ব্যাস, নারদ, শুকদেব গোস্বামী, কুমারশিং, কপিল, প্রহ্লাদ, জনক, বলি অমসুং যমরাজগুম্বা ভগবান্গী শক্ত্যাবতারশিংনা বেদশিংগী শাখা প্রশাখা য়ান্না শন্দোক্লম্মী; অহুবু থোইদোক্লা শ্রীমদ্ভাগবতম্দদি ভগবান্গী লীলাগী অথ্অুপ্পা

শরুকশিংতু অথ্্প্রা খণ্ডবা ভক্ত শুকদেব গোস্বামীনা বর্ণন তৌই। বেদান্ত সূত্রদা নত্রগা উপনিষদ্‌শিংদা মাগী লীলাগী অথ্্প্রা শরুকী ইঙ্গিত অমতমক য়াওই। উপনিষদ্‌শিংগুম্বা বৈদিক সাহিত্যশিংদা ভগবান্‌গী সত্তাবু জড় নত্তে হায়রি। মহাকী স্বরূপ-তি মপুঙ ফানা চিন্ময় ওইবা মরম্না মহাকী নাম, রূপ, গুণ অমদি ধাম-নচিংবা পুম্নমক জড় নত্তে হায়না শব্দোক্লা তাকই; মরমহুনা খণ্ডবা রাংপা মীশিংনা মহাকপু নির্বিশেষনি হায়না করিগুম্বা মতমদা শেরান্নরা লৌই। তশেংবা হায়বা তারবদি মহাকসে পরমেশ্বর ভগবান্নি, মহাকপু মচেং ওইনা খণ্ডবা মীতাশিংনা পরমাত্মানি নত্রগা নির্বিশেষ ব্রহ্মনি হায়।

### শ্লোক ২৫

**যদা হ্যধর্ম্মেণ তমোধিয়ো নৃপা জীবন্তি তত্রৈষ হি সত্ত্বতঃ কিল।**
**ধত্তে ভগং সত্যমৃতং দয়াং যশো ভবায় রূপাণি দধদ্‌যুগে যুগে ॥ ২৫ ॥**

### শব্দার্থ

যদা—মতমহুদা; হি—শোয়দনমক; অধর্ম্মেণ—ঈশ্বরগী অনীংবা থুগাইহুনা; তমঃ-ধিয়ঃ—তমঃ গুণ চেনবা; নৃপাঃ—নিংথৌশিং নত্রগা শাসকশিংং; জীবন্তি—পুন্সি লেল্লি (শাগুম্না); তত্র—মহুদা; এষঃ—মহাক্না; হি—মথন্তনা; সত্ত্বতঃ—বিশুদ্ধ সত্বনা; কিল—লেপ্নমক; ধত্তে—লৌই; ভগম্—ঐশ্বর্য্য; সত্যম্—অওইবা; মৃতম্—ওইগদবা পাউতাক পীবা; দয়াম্—থৌজান; যশঃ—অঙকপা থৌদো, মিংচৎ; ভবায়—পালনগীদমক (ভাকশেনবগীদমক); রূপাণি—শক্লোন মথল মথা; দধৎ—উৎহুনা; যুগে যুগে—তোঙান তোঙানবা যুগশিংদা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে সখি, তমোবুদ্ধি চেনবা নিংথৌশিংনা অধর্ম্ম চৎহুনা শা-ভানা হিংবদৌনদা পুন্সি লেলবা মতমদা ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণসিনা বিশ্বগী পালনগীদমক বিশুদ্ধ সত্বগুণ চেনবা ওইহুনা যুগ খুদিংদা অবতার মথল মথাগী শক লৌহুনা ঐশ্বর্য্য (মপু ওইবা), সত্য (অচুম্বা রা ভাংবা), ভক্তবু চানবিবা, অঙকপা থবক তৌবা অসিনচিংবা মথল মথাগী লীলা উৎলী।

### নৈনরোল

মথক্লা হায়দ্রে, বিশ্ব-সৃষ্টি অসি পরমেশ্বর ভগবানগী মরন্নি। মসি ঈশোপনিষদ্‌কী মূল দর্শন —পোৎ খুদিংমক পরমেশ্বর ভগবান্‌গী লম্ন্নি—হায়বা অহুনি। ভগবান্‌গী মরলসিদা কনাগুম্বা অমতনা কা লামশল্লুবা চুমদে। মহাক্না চানবিহুনা পীবিবা শরুক্তুদা মী খুদিংনা লৌগদবনি। মরমসিনা পৃথিবী নৎত্রগা অতৈ গ্রহ নৎত্রগা বিশ্ব হায়রহুনা লৈরিবশিংসে ভগবান্‌গী ওইবা সম্পত্তিনি। জীবশিংসে মহাকী অংশনি নৎত্রগা মচানুপা ভাক্লি, অহুনা মখোয় খুদিংমক ঈশ্বরগী থৌজালনা ঈশ্বরনা মাগী তম্নকপা থবক অহু পাঙথোক্লবা হিংবগী অধিকার মখোয় খুদিংমকী লৈ। মরমহুনা ভগবান্‌না হায়বা নত্তনদি কনাগুম্বা মীনা নৎত্রগা শা অমনা অতোপ্পগী অধিকারদা লামশল্লুবা য়াদে। নিংথৌদি হায়বদি লৈবাক ভাকপা মীদি ভগবান্‌গী ইচ্ছাহু পাঙথোক্লবা তৌরিবহু য়েংশল্লবা লৈবা ভগবান্‌গী প্রতিনিধিনি। মরমসিনা নিংথৌদো মহারাজ যুধিষ্ঠির নৎত্রগা পরীক্ষিৎকুম্বা ময়াম্না শকখঙলবা মীতা অমা ওইবা তাবনি। অসিগুম্বা নিংথৌশিংনা পৃথিবী শাসন তৌবগী পূর্ণ দায়িত্ব

পুগদবনি অদুগা শাসন খঙবা মহাজনশিংগী জ্ঞান অদু মখোয়গী লৈগদবনি। অদুবু করিগুম্বা মতমদা তমো গুণা লাকহৎতুনা নিংথৌশিংনা অমদি শাসকশিংনা জ্ঞান বাৎনা অদুগা দারিদ্র্যগী মশক খঙদবমখৈ শক্তি পায়রকই; অসিগুম্বা মূর্খ শাসকশিংনা মশা মশাগী ওইজবদা থিরগা শা-ঙাদোনা পুন্সি লেপ্লি। মদুগী ফল ওইনা মপু পান্দবা অমদি পাপ-কী থোদো ময়াম্না নোংথক নোংখা শীন্থ্রংলকই। অচান অরায় নায়বা, শেঙ্গা থুমজাবা, লৌনম শোরিবা, মীগী মকা লামশনবা, অদুগী ফল ওইনা, ক্বাংবা, অনা-লাইচৎ, লাম্নচিংবা লৈবাক লাঙহনবা লীচৎ ঙাক্তা মীওইবগী সমাজদা থোক্লে। ভগবানগী ভক্তশিংবু ওৎ নৈবগী পান্থ পূম্নমক শীজিন্নদুনা ওৎপী-নৈবী। খুদম ময়ামশিংসিনা তাকপদি ভগবান্না ধর্ম্ম অমুক লিংনবগীদমক অদুগা ফত্তবা শাসকশিংবু মাঙহন্নবগী-দমক অবতার তৌরকপগী মতম ওইরে হায়বদুনি। বাফমসি ভগবদগীতানস্থ হায়রিবনি।

ভগবান্না অদুদগী মাগী চিন্ময় রূপ অদুদা অবতার তৌই অদুগা প্রাকৃত গুণশিংগী মচু মরীক অমফাওবা মঙোন্দা পক্তে। মহাক্না কুম্নকপদি মাগী সৃষ্টি পালন তৌদুনা হাম্নগী ফীভমদা নে তাহন্নবগীদমক্নি। ভগবান্না গ্রহলোক খুদিংমক্তা লৈরিবা জীবশিংগী অচঙপোৎ পূম্নমক পীরে হায়বদুবু নে তাবা ফীভম কৌই। মখোয়না শাস্ত্রনা হায়বা বিধি-নিষেধ ইন্দুনা হুংঙাইনা হিংবা অদুগা মরায়বক্তা তম্নরুবা মথৌশিংদু মমৈদা মোক্ষ (অরান খুভম) ফংনবগীদমক পাঙথোকপা ঙমগনি। লমহেনবা অঙাংদা নাওশুম পীবগুম্না নিত্যবদ্ধ জীবশিংগী মচীঙ লাকপদা মনীং থ্রংনবনগীদমক প্রাকৃত জগৎসে সৃষ্টি তৌবনি। অদু নৎত্রগদি প্রাকৃত জগৎ শেমলুবগী কান্নবা লৈতে। অদুবু প্রাকৃত বিজ্ঞানগী শক্তিনা মৎ কারদুনা ভগবানগী য়াথং ঙাক্তবমখৈ বিধি কায়না জগৎকী মরলশিংবু শেরান্নন মশাগী ইন্দ্রিয়শিং পেলহন্নবদা শীজিন্নরকপা মতমদা ভগবান্না লমহেনবশিংবু বারক-বাতেন্নবা অদুগা সাধু ভক্তশিংবু হাকন্নবা অবতার তৌরকপা তাবনি।

মহাক্না অবতার তৌরকপা মতমদা মীওইবনা ঙমদবা থোদো কয়া মাগী পরম-অধিকার প্রমাণ তৌনবগীদমক উৎলী, অদুগা রাবণ, হিরণ্যকশিপু অমদি কংস-নচিংবা ঘোর সংসারীশিংবু মতীক থোক্না দণ্ডি তৌই। ভগবান্না থবক তৌথোরকপদি মীওইবনা মতৌ তমঙমদবা মওংদা ঙাক তৌই। খুদম ওইনা হায়রগা ভগবান্না রাম ওইনা অবতার তৌবা মতমদা ভারত মহাসাগরদা থোং শারম্মী। মহাক্না কৃষ্ণ ওইনা অবতার তৌবা মতমদা মানা বাল্যাবস্থদা লৈরিঙৈদগী পৌনা পূতনা, অঘাসুর, শকটাসুর, কালিয়-নচিংববু হাৎলগা মতুঙদা মাগী মাতুল কংসবু হাৎতুনা মীওইবনা তৌঙমদবা থবক ঙাক্তা তৌখি। মহাক্না দ্বারকাদা লৈবা মতমদা লৈমা ১৬,১০৮ বু লুহোংদুনা লৌখি অদুগা মখোয় লোইনমক মচা ফংহন্দুনা হুংঙাইহনখি। ময়াম্না যদুবংশ হায়না খঙনবা মাগী বংশগী মী মশিং চাওরাক্না ১,০০,০০০ (লাখ অমা) ওইখি। অদুগ মানা হিংলিঙৈদা মখোয় পূম্নমকপু তুম্না মাঙহন্‌খি। মহাকপু গোবর্দ্ধনধারী হরি হায়না খঙনৈ মরমদি মশাগী চহী তরেৎতা ঙাররিঙৈদ গোবর্দ্ধন হায়না খঙনবা চীঙ অদু থাঙ্গৎখি। ভগবান্না মাগী মতমদা পান্নম্বা খুইনা পান্নদবা নিংথৌ ময়াম হাৎখি অদুগা ক্ষত্রিয়মচা অমা ওইনা মহাক্না থৌনা ফনা লান কয়া তৌখি। মহাক 'অসম-ঊর্দ্ধ' হায়বদি মান্নবা অমসুং মথক অমা লৈত্রবা হায়না খঙ'ন। মাগা মান্নবা নত্রগা মঙোন্দগী হেন্না চাউবা অমা লৈত্রে।

শ্লোক ২৬

**অহো অলং শ্লাঘ্যতমং যদোঃ কুলমহো অলং পুণ্যতমং মধোর্বনম্।**
**যদেষ পুংসামৃষভঃ শ্রিয়ঃ পতিঃ স্বজন্মনা চঙ্‌ক্রমণেন চাঞ্চতি ॥ ২৬ ॥**

## শব্দার্থ

অহো—ওঃ; অলম্—তশেংনা; শ্লাঘ্যতম্—থাগৎনঙাই মকোক; যদোঃ—যদু নিংথৌগী; কুলম্—শাগৈ; অহো—ওঃ; অলম্—তশেংনা; পুণ্যতম্—পুণ্যচেন্‌বা মকোক; মধোবণম্—মথুরা লমদম; যৎ—মরমদি; এষঃ—মসি; পুংসাম্—জীব পুম্নমক্কী; ঋষভঃ—লুচিংবা মকোক; শ্রিয়ঃ—লক্ষ্মীগী; পতিঃ—মপুরোইবা; স্বজন্মনা—মহাক্না পোক্লকপনা; চঙক্রমণেন—চৎপনা; চ অঞ্চতি—পূজা তৌহল্লী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

আঃ কয়াদা ঙকপ্রবনো, যদুবংশ খ্বাইদগী হেন্না থাগৎনঙাই ওইখি অদুগা মথুরা ধামসু খ্বাইদগী হেন্না পূর্ণ্যচেন্‌বা তীর্থ ওইরে; মরমদি পুরুষোত্তম লক্ষ্মীগী মবুংঙো শ্রীহরি অসিনা মশামক পোকপিররদুনা যদুবংশবু অমসুং লীলাবিহার তৌদুনা মথুরাবু পরম পূজা ফংহল্লে।

### নৈনরোল

পরমেশ্বর ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনা ময়েক শেংনা মহাক্কী দিব্য আবির্ভাব (পোকপা), তিরোভাব (থ,প্পা) অমসুং লীলাগী মরমদা ভগবদগীতাদা বর্ণনা তৌরি। ভগবান্দি মহাক্কী বাথল্লা লাম্‌ঙমদ্রবা শক্তি শীজন্নদুনা কনাগুম্বা শাগৈদা অমসুং মফমদা নোংঙপ্পনকয়ি। বদ্ধজীবনা মাগী দেহ অমা থাদোক্লগা অতোপ্পা দেহ অমা লৌরগা পোকপ গুম্না ভগাবন্দি পোক্তে। মহাক্না পোকপদি নোংদোন্থক্কী সুমীৎ থোক্লগা তাথিবগুম্বনি। সুমীৎনা নোংপোক মায়কৈগী নোংখোঙদা থোরকয়ি; মদু হায়দুনা নোংপোক্কী নোংখোঙদু সুমীৎ-পোকপা মপানি হায়বা য়াদে। সৌরজগৎকী মকম খুদিংদদি সুমীৎনা লৈরিবনি, অদুবু মাবু উবা ফংবদি অকক্লবা মতম অমদা ফংঙী, মদুম্না অকক্লবা মতম অমদা মাবু উবা ফংদে। মতৌ অদুম্না, ভগবান্‌সু ব্রহ্মাণ্ড অসিদা সুমীৎকুম্না আবির্ভাব তৌবনি অদুগা অমুক অতোপ্পা মতম অমদা ঐখোয়বু উহল্লবনি। মহাক্কি মতম পুম্নমক্তা অদুগা মকম খুদিংমক্তা লৈবনি, অদুবু মহাক্কী ওইজ-থিদবা ,থৌজান উৎতুনা ঐখোয়গী মাঙদা আবির্ভাব তৌরবা (থোরকপা) মতমদা মহাক পোক্লরে হায়না লৌবতনি। কনাগুম্বনা তত্ত্বসি লাইতাক শাস্ত্রশিংনা হায়বা মওংদা খঙবা ঙম্লবদি মহাক মাগী হৌজিক ওইরিবা দেহদু হেক থাদোকপগা মুক্ত ওইগনি (হুজন্-হুজন্ পোকপা শিবা হায়বা চক্রদগী অরান্-খুভম ফংলগনি)। মপোক য়াম্না পোক্লবা মতুংদা অদুগা অখাঙকল্লবা, অইন্-কল্লবা অদুগা জ্ঞান অমসুং বৈরাগ্য (থাদোকপা) ওইরগা কল্লা হোৎনরবা মতুংদা মুক্তি ফংনৈ। অদুবু ভগবান্‌গী জন্ম-কর্ম্মগী মরমদা অওইবদু খঙবতদা খুদক্তা কনাগুম্বনা মুক্তি ফংবা ঙম্মী। মসি ভগবদগীতাগী রায়-নি। তৌইগুম্বসুং তমোগুণ-চেন্‌বা মীতাশিংনদি ভগবান্‌গী জন্ম-কর্ম্মদি অচম্বা জীব অমগীগা মান্নে হায়না লৌয়ি। অসিগুম্বা ওইদবা মত পুরগা কনাগুম্বনা মুক্তি ফংবা য়ারোই। মরমসিনা ভগবান্না যদু শাগৈদা বসুদেবগী মচানুপা ওইনা পোকপা অদুগা মথুরাদা নন্দ মহারাজগী ইমুংদা থৈথিবা পুম্নমকসে ভগবান্ মাগী অন্তরঙ্গা শক্তিগী (যোগমায়াগী) দিব্য ওইবা থৌশিল ঙাক্তনি। যদু শাগৈগী অদুগা মথুরা-বাসীশিংগী লাইবকশিংদো সংসারীশিংগী বা ওইনা লেপকদবা নত্তে। ভগবান্‌গী জন্ম-কর্ম্মগী দিব্য-ভাব অদু চুম্নতা খঙবদদা কনাগুম্বা অমনা মুক্তি ফংলবদি ভগবান্‌গী পরিবার অমদি পরিবারগী মীশক অমা ওইনা ভগবান্‌গা সুমীৎ চুপ্পা লোয়নদুনা লৈবা মখোয়দুগী লাইবক কয়ামুক ফবগে হায়বদু ঐখোয়গী বাথল্লা লাম্বা ঙম্মী। লক্ষ্মীগী মবুংঙো ভগবান্‌গা লোয়নবা ফংবগী লাইবক লৈরবা মখোয়দুদি মুক্তি হায়না খঙনরিবা পোত্তাদুদগী অহেন্‌বা করিনো অমদি শোয়দনা ফংলমগনি। মরমসিনা, চুম্না হায়রগদি বংশদুনে থাম অদুনে অনীমক ভগবান্‌গী কৃপাদগী থাগৎনঙাই ওইদুনা অদুম লৈরগনি।

শ্লোক ২৭

**অহো বত স্বর্যশসস্তিরস্করী কুশস্থলী পুণ্যযশস্করী ভুবঃ।**
**পশ্যন্তি নিত্যং যদনুগ্রহেষিতং স্মিতাবলোকং স্বপতিং স্ম যৎপ্রজাঃ॥ ২৭॥**

শব্দার্থ

অহো বত—কয়াদা গুকপ্রবনো অসি; স্বঃ-যশসঃ—স্বর্গগী যশদগী; তিরস্করী—হেন্নবী; কুশস্থলী—দ্বারকা; পুণ্য—পুণ্য; যশস্করী—মিংচংহনবী; ভুবঃ—পৃথিবীগী; পশ্যন্তি—উই; নিত্যম্—মতম পুম্নমক্তা; যৎ—মহাক; অনুগ্রহ-ইষিতম্—চানবিনীংলবা; স্মিত-অবলোকম্—মোমোন্নোকপা মীৎয়েং য়েংলিবা; স্বপতিম্—আত্মাগী ওইবা মপু; স্ম—তৌহনা নৎত্রগা ওইহনা লৈরম্মী; যৎপ্রজাঃ—লম অদুগী প্রজানা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কয়াদা গুকপ্রবনো! দ্বারকাপুরীনা স্বর্গগী মিংচৎবু মায়থীবা পীহনা স্বর্গদগী হেন্দোকখরে অদুগা পৃথিবীগী শেংলবা মিংচৎ চংহল্লি, মরমদি দ্বারকাবাসী প্রজাশিংনা আত্মাগী আত্মা ওইবা শ্রীকৃষ্ণনা চানবিনীংবনা মোমোন-নোকপা মীয়েং য়েংলম্বহবু মতমপুম্বদা উজবা ফংজে।

নৈনরোল

স্বর্গদা ইন্দ্র, চন্দ্র, বরুণ অমদি বায়ুগুম্বা দেবতাশিং লৈ অমসুং পুণ্যাত্মাশিংনা পৃথিবীদা পুণ্য কর্ম্ম ময়াম তৌরবা মতুংদা স্বর্গদা য়ৌয়ি। হৌজিক্কালগী বৈজ্ঞানিকশিংনা অবাংবা গ্রহ-লোকশিংদা চংনরিবা মতমগী ব্যবস্থাদি পৃথিবীদা চংনরিবসিগা খেন্নে হায়রবসি য়াই। মতৌ অসুম্না বেদশাস্ত্র-শিংদগী খঙনরিবদি স্বর্গবাসীগী আয়ুদি (ঐখোয় মীওইবগী শীংলাক লৌরগা) চহী লীশিং তরানি। পৃথিবীদা ওইরিবা থা তক্কা স্বর্গদা ওইরিবা নোংমগা মান্নে। মতৌ অসুম্না ভোগ তৌনবগী পান্মেসু স্বর্গদনা হেল্লী, অদুগা স্বর্গবাসীশিংগী শক ফজবদি হায়নগাই লৈতনা ফজে হায়নৈ। পৃথিবীবাসী অয়াম্বনা স্বর্গ লোক য়াম্না কন্না য়ৌনিংঙী মরমদি হিংবগী ভোগ ময়ামদো পৃথিবীদা ফংবদগী স্বর্গদা ফংবনা হেল্লী। মখোয় মী খন্নবা হৌজিক নোংথক-দোলাই তোংহনা থা য়ৌনবা হোৎনরি। মসি পুম্নমক খল্লুরগদি, স্বর্গনা পৃথিবী অসিদগী হেন্না মিংচৎপনি। অদুবু ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনা নিংথৌ ওইনা পাল্লম্বা দ্বারকাপুরী লৈবা মরম্না পৃথিবীগী মিংচৎনা স্বর্গগী মিংচৎপু মায়থীবা পীরে। বৃন্দাবন, মথুরা, অমসুং দ্বারকা হায়রিবা ধাম অহুমসিনা ব্রহ্মাণ্ডসিগী মনুংদা লৈরিবা মিংচৎলবা গ্রহলোক পুম্নমক্তগী হেল্লী। ধামশিংসে মতমপুম্বদা পবিত্র ওইহনদা লৈরবনি মরমদি ভগবান্না পৃথিবীদা অবতার হেক তৌরকপা মতমদা মফম অহুমসিদা মাগী দিব্য-লীলাশিংহ উংলী। মখোয়সি মতমপুম্বদা ভগবান্গী পবিত্রধাম ওইহনা লৈরবনি, মফমশিংসিগী মীশিংনা ভগবান্বু উবা ফংজবা মতমসিদফাওবা ধামদা লৈবগী সুবিধা ফংজরি। ভগবান্দি জীবাত্মা পুম্নমকী আত্মানি; অদুনা জীবাত্মানা মাগী মাগী স্বরূপ অশেংবদুদা লৈবহ ভগবান্না পাম্মী; মরমদি মহাক্না লৈরবদি ভগবান্গ। লোয়নননা দিব্য-জীবন লেনমিন্নবা য়াগনি। মাগী পুক্নীং শুমহৎনগাই রূপকী মোমোন নোকপা মক্তৌহ মী খুদিংগী থম্মোই লকাক্নংদা থুম্না চংগী, মহাক্না তৌরবদি হেক তৌবক্না জীবাত্মাহবু ভগবান্গী রাজ্যদা চংহল্লী; মহাকদা চঙলুরবদি অমুক হন্নক্রে। মসি ভগবদগীতানসু হায়রিবনি।

স্বর্গদা লৈবা গ্রহশিংদো প্রাকৃত সুখ ভোগ তৌনবা পাম্বে কয় যরবা পীবা ওয়বগীদমক মিংচৎপা ওইবা য়াই, অদুবু পুণ্য কর্ম তৌদুনা স্বর্গদা লৈরুবা জীবদো মাগী পুণ্য ফল চাবা লোয়রগা অমুক মর্ত্যলোক পৃথিবীসিদা হল্লকই হায়বা ভগবদগীতাদগী থওয়াই (৯।২০-২১)। অদোংনমক দ্বারকাপুরীনা মগুণগী য়েংলুরবদি স্বর্গদগী হেল্লী, মরমদি দ্বারকাদা লৈরুবা কনাগুম্ববু ভগবান্‌গী মোমোন নোকপা মীৎয়েংনা চানবিদুনা য়েংবিঃরুবদি মহাক অদু ভগবান্‌না অরাবগী মহুম্মি হায়না লাউথোকপ্রবা অপুম্বা মালেমসিদা অমুক হল্লরোই। মালেম পৃথিবী অসিদনা ওইবা নত্তে, ব্রহ্মাণ্ড পুম্নমক্কী গ্রহলোক পুম্নমকসু অরাবগী মহুম ওাক্লি মরমদি গ্রহলোকশিংদুদা নিত্য জীবন (শিবা নাইদবা মহীও), নিত্য আনন্দ অদুগা নিত্য জ্ঞান হায়বদু লৈতে। ভগবান্‌গী ভক্তি সেবা তৌবা মী খুদিংমক মথক্তা পনপ্রবা দ্বারকা, মথুরা অদুগা বৃন্দাবন কৌবা লমদম অদুমসিগী অমদা লৈবদা মতীক চারে হায়। মকম অদুমসিদা তৌবা ভক্তি সেবাগী মগুণ চাউনা থাঙ্গৎপা মরম্না শাস্ত্রনা তাকপা পাউতাক ইন্দুনা নিয়ম ওারা চৎলিবা মীশিংদুদি ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনা অবতার তৌদুনা লৈরিঙৈদা মাবু উহৌবা মীশিংনা ফংবা ফল অদু ফংগনি। মাগী ধামগা মামকা অমতনি, অদুনা হৌজিকমকসু শুদ্ধ ভক্ত অমমা মতীক চাবা গুরু অমগী মনাক্তা লৈদুনা পাউতাক লৌরগা ভক্তি সাধন তৌরবদি বল পুম্নমক ফংবা ওমগনি।

শ্লোক ২৮

**নূনং ব্রতস্নানহুতাদিনেশ্বরঃ সমর্চ্চিতো হ্যস্য গৃহীতপাণিভিঃ।**
**পিবন্তি যাঃ সখ্যধরামৃতং মুহুর্ব্রজস্ত্রিয়ঃ সম্মুমুহুর্যদাশয়াঃ ॥ ২৮ ॥**

শব্দার্থ

নূনম্—লেপ্পমক নহালমক্কী মপোক্তা, ব্রত—ব্রত (শোয়দনমক তৌবগী বারেপ); স্নান—ঈরুজবা; হুত—মৈদা তৌবা যজ্ঞ, আদিনা—অসিনচিংবনা; ঈশ্বরঃ—পরমেশ্বর ভগবান; সমর্চ্চিতঃ—লাৎলবা; হি—লেপ্পমক; অস্য—মহাক্কী; গৃহীতপাণিভিঃ—লুহোংলুবা লৈমশিংনা, পিবন্তি—থকই, যাঃ—মখোয়না; সখি—হে ইতা, অধর-অমৃতম্—মহাক্কী চিনবানগী অমৃতদু; মুহুঃ—হন্না হন্না, ব্রজস্ত্রিয়ঃ—ব্রজগী নুজাশিংনা; সম্মু-মুহুঃ—বাম্বে; যৎ-আশয়াঃ—অধরামৃতবু পামজরবী মখোয়দুনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে ইতাশা, মহাক্লা মথুৎ পাযদুনা লুহোংলগা লৌরকখিবা লৈমশিংদুগী বা অমুক্তং থন্দুনা য়েংও। মহাক্কী চীনবানগী অমৃত থকবগীদমক মখোয়না ব্রত, স্নান, মৈদা যজ্ঞনচিংবা তৌদুনা জগৎ-মপু ভগবানবু কয়াদা লাৎলকপনো। ব্রজ-নুজাশিংনা অসুম্না ভগবান্না চানবিরুবা আশা তৌরবদা মতম অয়াম্বদা বাম্ব-বাম্ব লেল্লী।

তাৎপর্য

শাস্ত্রশিংদা তাক্লিবা কর্মকাণ্ডশিংসে মায়াবদ্ধ জীবশিংগী প্রাকৃত গুণশিংদু চামথোক্লবগীদমক্নি, মদুম তৌরগা জীবশিংনা অসুম অসুম থুমাঙ চাওশল্লদুনা মরৈদা পরমেশ্বর ভগবানদা দিব্য-সেবা তৌবা ঙম্নগদৌরিবনি। অশেংবা পারমার্থিক পুন্সিগী মতাঙসি য়ৌবদি বাংলেন বাংবা মপুঙফাবা ফংবনি, মতাঙসিবু 'স্বরূপ' হায়বদি জীবগী অওইবা মশক কৌই। মোক্ষ (অরাম থুডম) হায়বগী অর্থদি স্বরূপকী মতাঙদি নোহোহনবা হায়বনি। স্বরূপকী মপুঙ-ফাবা অবস্থাসিদা জীবনা প্রেম সেবাগী মতাঙ মঙাদা লৈ; মঙাসিগী মনুংদা অমদি 'মাধুর্য্যরস' হায়বদি কুপী কুপা পায়রবগী প্রেম-রস হায়বদুনি। ভগবানদি মতম পুম্বদা পূর্ণ (মপুঙফাবা) ওইবনি, অদুনা মশাগীদমক অপাম্বা

অৱাংপা কন্নিমন্তা লৈতে। অদুমকপু মহাক্না মাগী ভক্ত ভক্তদুগী খম থেংবা প্রেম মতা অদুগী আশা শুংবনবা হায়দুনা মপু (প্রভু), মরূপ (সখা), মচানুপা (বৎস) অদুগা মবা-মপুরোইবা (কান্ত, পতি) ওই। শ্লোকসিদা মাধুর্য্য-রসগী মতাঙদা ভগবানগী ভক্ত মখল অনীগী বা হায়রি। অমনা 'স্বকীয়া' অদুগা অমম্না 'পরকীয়া'। মখল অনীমকসে ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগা কান্ত-প্রেমদা নুংশিনবনি। দ্বারকাগী লৈমশিংদি স্বকীয়া হায়বদি নিয়ম চুম্না লুহোংলবী মুপী ওাক্তনি, ভৌইগুমন্নুং ব্রজ-মুজাশিংদি ভগবান্না লুহোংজিঁগী নহা ওইবী সখী ওাক্লি। ভগবান্না মশাগী চহী তরাতক্ক শুবগী মতমদু কাওবা কৃন্দাবন্দা লৈরম্মী, অদুগা মহাকা ব্রজদা কৈরোই লৈকাই ওইনা লৈমিন্নরম্বা মুজাশিংদুগা লৈনরম্বা সম্বন্ধদি পরকীয়ানি। ব্রজযুবতীশিংসিনে অদুগা দ্বারকাগী মহিষীশিংনে শাস্ত্রনা তাকপা মতুং ইন্না ব্রত-স্নান-হোম-নচিংবা ভৌদুনা তপ অকনবা তৌরম্মী। তৌখিবা ব্রত-নচিংবসে মখোয়গী পান্দম নৎলমদে, অদুগা সকাম কর্ম্ম, জ্ঞান চর্চ্চা অমদি যোগনা লোইবা য়াদে। মখোয় পুম্বসে ভগবানদা সেবা তৌবা ফংননবগীদমক স্বরূপ কৌবা বাংলেন-বাংবা মতাঙদু খঙননবগী উপায় ওাক্লি। জীব খুদিংমকী মথক্তা পনখিবা রস মঙাগী মমুঙদা অমা নত্রগা অমা ভগবানগা মরী লৈনবা স্বরূপ লৈরিবনি। অদুগা কনাগুম্বা অমগী শুদ্ধ স্বরূপসিদা থোরক্লিবা সম্বন্ধদুদি মীয়ম্নেনগী ওইবা সম্বন্ধ অদু নত্তে। ভগবানগী কান্তাশিংনা নত্রগা নহাওইবী সখিশিংনা ভগবানবু মখোয়গী উপপতি ওইহনীংদুনা চুম্না অদুদি মীয়ম্নেনগী চোইত্রি-চোইথৎনবগী মতৌ নত্তে। মতৌময়ামসি মীবম্নেনগী অদুগুম্বা ওাক ওইরম্নবোইদি শুবদেবগুম্বা মুক্তাম্মা অমনা মতৌশিংদুগী মহাও তংনবা হোংনবকফম থোক্তে, অদুগা ভগবান্ শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা সন্ন্যাস ধর্ম্ম লৌরবা মতুংদা বিষয় অদুগুম্বদা যাওনীংলমকম থোক্তে। হায়রিবা স্বরূপকী মতাঙসি ফংবদি মপোক য়াম্না তপ তৌরবা মতুঙদা ফংনবিবনি।

শ্লোক ২৯

**যা বীর্য্যশুল্কেন হৃতাঃ স্বয়ংবরে প্রমথ্য চৈদ্যপ্রমুখান্ হি শুষ্মিণঃ।**
**প্রদ্যুম্নসাম্বাম্বসুতাদয়োঽপরা যাশ্চাহৃতা ভৌমবধে সহস্রশঃ ॥২৯॥**

শব্দার্থ

যাঃ মহাক (মুপী); বীর্য্য—থৌনা; শুল্কেন—মমল পীদুনা; হৃতাঃ—নমদুনা পুরকখিবীশিং; স্বয়ংবরে—স্বয়ংবরদা (মশানক্না খনবদা); প্রমথ্য—মায়থীবা পীদুনা; চৈদ্য—নিংথৌ শিশুপাল; প্রমুখান্—মা-নচিংবা, হি—লেপ্পমক; শুষ্মিণঃ—য়াম্না খুকন পাঙ্গনবা; প্রদ্যুম্ন—(কৃষ্ণগী মচানুপা) প্রদ্যুম্ন; সাম্ব—সাম্ব; অম্ব—অম্ব; সুত-অদয়ঃ—মচাশিং; অপরাঃ—লৈমা অতৈশিং; যাঃ—মখোয়; চ—সু; আহৃতাঃ—অদুম্না পুরকখিবীশিং; ভৌমবধে—নরকাসুর হাৎপা মতমদা; সহস্রশঃ—লীশিং লীশিং।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

লৈমশিংসিনা পোকপা মচাশিংদি প্রদ্যুম্ন, সাম্ব, অম্ব-নচিংবসিনি। মহাক্না রুক্মিণী, সত্যভামা অমসুং জাম্ববতীথোয়গুম্বা লৈমশিংবু মখোয়গী স্বয়ম্বর উৎসবতা শিশুপাল নিংথৌনচিংবা খুৎকন-পাঙলবা নিংথৌ ময়াম্নু মায়থিবা পীরগা নমদুনা পুরকখি। অতৈ লৈমশিংসু ভৌমাসুরবু অদুগা মাগী তেঙবাঙবা লীশীং লীশীংবু হাৎলগা মহাক্না নমদুনা পুরকখিবনি। লৈমশিং পুম্নমকসে মিং চৎপীনি।

নৈনরোল

খুৎকন-পাঙনবা নিংথৌশিংগী কাহেন্না শক ফজরবী মচাবেম্মশিং অদুদি মখোয়গী মপুরোইবা ওইগদবা মুপাদু মশানা বর ওইনীংবা ময়াম মরক্তগী অপাম্বা খনবা ম্নারম্মী। অসিগুম্বা থৌবু

'স্বয়ংবর' হায়বদি কন্যানা বর খনবা কৌই। স্বয়ংবরদি থৌনাকবা নিংথৌশিংনা কন্যাহুবু ফংগে তান্নরম্বহ্ অকোংবা থৌদৌ অমা ওইবা মরম্না নিংথৌশিংহুবু কন্যাগী-মপা ওইবা নিংথৌহুনা বার্তোন তৌনরম্মী। অয়াম্বা মতমদা বার্তোন ফংহুনা য়াওরম্বা নিংথৌশিংবু মহৈ মহৈ শান্নবগী পূকচেন্দা লাল শোক্লে। অহুবু কন্নি কন্নিগুম্বা লাম্বেংনরিবা নিংথৌশিংহ্ লুহোংবগী লাম্বেং অসিগুম্বদা শিবস্তু য়াওরম্মী অহুগা লানগুম্বা নিংথৌহ্দা মাগীদমক নিংথৌ অত্তুক য়াম্না শিঞ্জবা অহুগুম্বী নিংথৌ মচাহুপীহ্ মনা ওইনা পীরম্মী। ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী লৈমা মকোক রুক্মিণীহ্ বিদর্ভগী নিংথৌগী মচাহুপীনি। বিদর্ভরাজনা মগুণ লৈবী শকহেনবী মচাহুপীহ্ ভগবান্ কৃষ্ণদা পীনীংলম্মী। অহুবু মবুংহন্না কৃষ্ণগী মচীম্নাও থোকপা শিশুপাল নিংথৌদা মচনহুপী পীনীংঙী। অহুনা অনীসি ফোংনা মুপী মুন্নরক্লে; গুকক্ম থোকপনি শ্রীকৃষ্ণনা মীমান্নদবা মথৌনানা শিশুপাল-নচিংবা নিংথৌ ময়াম্বু মায়থীবা পীখি। রুক্মিণীগী প্রদ্যুম্ন-নচিংবা মচাহুপা তন্না পোকই। রুক্মিণী লৌবগুম্না লৌরকপা লৈমা ময়াম অমস্তু শ্রীকৃষ্ণগী লৈরম্মী। শ্রীকৃষ্ণনা শকহেনবীশিং ময়াম মুন্দুনা লৌখিবগী ৱারী মপূঙদি ভাগবতমগী দশম স্কন্ধদা ফংগনি। নিংথৌ ময়ামগী মচাহুপী ১৬,১০০ থক ভৌমাসুরনা হুন্নাল্লগা মাগী ইন্দ্রিয় পেন্নবা হায়হুনা কাহুনা থমখি। মুপীমচাশিংসিনা মথোয়বু কনবিনবা হায়হুনা শ্রীকৃষ্ণদা মপূক্নীং মুংশিনা প্রার্থনা তৌজখি। করুণাময় ওইবা ভগবান্না মথোয়গী প্রার্থনাহুদা মুংশিরহুনা ভৌমাসুরবু লান্দা হাংলগা মুজাশিংহুবু থাদোকপিখি। সমাজগী চংনরোল য়েংলগদি লৈথাত্তাবী ওইরবী নিংথৌমচাহুপীশিংসিবু অহুম ওইনা ওইনমক শ্রীকৃষ্ণনা মাগী লৈমশীঙদা চনশনবিখি। শক্তি পূম্বনা তিন্নবা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা মুপীমচাশিংহুনা হজৎচরম্বা ৱাহ্ য়াবিখিহুনা লৈমশিংবু লুনা তৌবগুম তৌবিহুনা মথোয়বু লুহোংখি। অহুনা দ্বারকাদা শ্রীকৃষ্ণগী মহিষী (লৈমা) ১৬,১০৮ থক শুখি অহুগা মথোয় খুদিংগী মচা তন্না তরা পোকখি। অঙাঙশিংনা চাউথৎলরুগা মপাবুং কৃষ্ণনা পোক্লম্বা অঙাঙ মশিং অহুক যাম্না অমুক পোকখি। অহুনা কৃষ্ণ পরিবারগী মীশিংদি ১০,০০০,০০০ থক্লি।

শ্লোক ৩০

**এতাঃ পরং স্ত্রীত্বমপাস্তপেশলং নিরস্তশৌচং বত সাধু কুর্ব্বতে।**
**যাসাং গৃহাৎপুষ্করলোচনঃ পতির্ন জাত্বপৈত্যাহৃতিভির্হৃদি স্পৃশন্ ॥ ৩০ ॥**

শব্দার্থ

এতাঃ—মুপীশিং অসি; পরম্—পুঙথোই-থোইবা; স্ত্রীত্বম—মুপী ওইবা; অপাস্তম—চৎথরবা, পেশলম্—ফজবা নীঙতম, (অপাস্ত পেশলম্—নীঙতম্বা-য়াওদ্রবা); নিরস্ত—য়াৎদ্রবা; শৌচম্—তশেংবা হায়বহ্; (নিরস্তশৌচম্—মাংলবা); বত—অহো; সাধু—ফজনা; কুর্ব্বতে—তৌয়ি; যাসাম্—মথোয়গী, গৃহাৎ—য়ুমদগী; পুষ্করলোচনঃ—থম্বাল মীত্তাপানবা; পতিঃ—মপুরোইবা; ন জাতু—কন্নিগুম্বা মতমদা নত্তবা; অপৈতি—চৎখি; আহৃতিভিঃ—খুদোলপোৎ পুরক্তুনা; হৃদি—থম্মোইদা; স্পৃশন্—পামহন্দুনা, (হৃদি স্পৃশন্—থম্মোই মুংঙাইহন্দুনা)।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মুপীশিংসিনা য়াম্না পবিত্র-নংতবা (অমাংবী) অহুগা পাজলশোন্বী নীঙতমহুদ্রবী ওইহুনস্তু মথোয়গী পুন্সিবু মহৈ য়ালহন্নী। মথোয়গী মপুরোইবা থম্বালমীত্তা পান্বা পরমেশ্বরনা মথোয়বু কদৌঙৈদস্তু য়ুমদা লংশেক্তুনা থক থনম্দে। মহাক্না মতমপূম্বদা মমল-য়াম্বা খুদোলপোৎ পুরক্তুনা পীরগা মথৱাই মুংঙাইহল্লম্মী।

নৈনরোল

ভগবান্‌গী ভক্তশিংদি শুদ্ধাত্মা ওাক্তনি। ভক্তশিংহুনা মশাবু ভগবান্‌গী খুয়া-খাদা হেক কৎপগা খুদক্তা মখোয়বু মায়ানা মোৎহনগদবহ কোকয়ি। অসিগুম্বা ভক্তশিংদি প্রাকৃত গুণ অহুমগী বাংমদা লৈরবনি। গঙ্গাজলবু খোঙবালগী ঈশীংগা তিন্নগা ঈশীংগী মগুণ-দা খেন্নবা লৈতবগুম ভক্তগী দেহবুসু মাংহনবা ঙমদে। মুপীনে, বৈশ্যনে শূদ্রনে মখোয়সি বুদ্ধি য়াম্না কবা মীতা নত্তে। অদুনা মখোয়দা ভগবৎ-তত্ত্ব খঙবা য়ানা থোকয়ি অদুগা ভগবান্‌গী ভক্তি-সেবা তৌবসু য়ানা থোকয়ি। মখোয়দি সংসারদা হেন্না মায়ওন্‌শল্লী। মখোয়দগী কিরাট, হূণ, অন্ধ্র, পুলিন্দ; পুক্কস, আভীর, কঙ্ক, যবন, খস-নচিংবা জাতিশিংনা হুম্বয়িবনি, অদুবু মখোয়না ভগবান্‌গী ভক্তিসেবাদা চপচানা চঙলবদি মখোয় পুম্নমকপু লৌথৎপা য়াই। ভগবান্‌গী সেবাদা চঙলবদি মখোয়গী জাতি “দোষনা য়ারমদবা পুম্নমক কোকয়ি, অদুনা শুদ্ধ-আত্মা ওইনা মখোয় ভগবান্‌গী রাজ্যদা চঙবা য়াননবা মতীক চারকয়ি।

ভৌমাসুরগী মথুক্তা লৈরম্লবী লৈখা-তারবী মুপীমচাশিংহুনা মথন্তাই শেংনা শ্রীকৃষ্ণদা কনবিয়ু হায়না প্রার্থনা তৌখি। মথন্তাই শেংনা হায়জরম্বহুনা ভক্তিগী মপাম্না মখোয় খুদক্তা শুদ্ধ ওইখি। মরমহুনা ভগবাম্না মখোয়বু মহাকী মহিষী ওইনা লৌবিখি, মতৌ অম্‌মুম্না মখোয়গী পুক্লিহু মহৈ য়ান্‌খি। মহৈয়ান্‌বসি ভগবাম্না মখোয়বু য়োৗনা নীংবা মপুরোইবা ওইখিবহুদা অমুকা হেন্না য়ান্‌খি।

ভগবান্দো মহাকী লৈমা ১৬,১০৮ সিগা মতম পুম্বদা লৈমিন্নখি। মহাকী মূর্তিহু ১৬,১০৮ গুনা চোংথোকখি; মূর্তি খুদিংমক হান্নগী মূর্তিদগী খেন্নদবমখৈ মামক অহুম ওইরম্মী। শ্রুতিমন্ত্রনা হায়—ভগবান্দি মশাবু য়াম্না থোকহন্‌বা ঙম্মী। মুপী অম্মুক য়াম্বগী মুপা ওইনা মহাক লোইনমক্তা খুদোল-পোৎ পুরক্তুনা পীরগা, খর কন্না হোৎনম্নবা কাওবদা, লোইনমকপু পেলহন্‌বা ঙম্মী। মহাক্না স্বর্গদগী পারিজাৎ পাম্বী পুরক্লগা মহাকী মহিষী মকোক অমা ওইরিবী সত্যভামাগী লৈকোল্দা থারম্মী। মরমহুনা, কনাগুম্বী অমনা ভগবান্‌বু মাগী মপুরোইবা ওইজনীংলবদি মাগী নীংজবহু ভগবাম্না থুংহন্‌বী।

শ্লোক ৩১

**এবংবিধা বদন্তীনাং স গিরঃ পুরযোষিতাম্।**
**নিরীক্ষণেনাভিনন্দন্ সস্মিতেন যযৌ হরিঃ ॥ ৩১ ॥**

শব্দার্থ

এবংবিধাঃ—মতৌ অম্মুম্না; বদন্তীনাম্—য়ারী শান্নরম্বীশিংগী; সঃ—মহাক, (ভগবান্); গিরঃ—ৱাহৈ; পুরযোষিতাম্—নিংথৌকোন্‌গী লৈমশিংগী; নিরীক্ষণেন—(ভগবাম্না) মখোয়দা য়েংলকপনা মরম ওইহুনা; অভিনন্দন্—(মখোয়বু) তরাম্ তরাম তৌবিহুনা; সস্মিতেন—মোমোন্ নোক্লা; যযৌ—লেঙখি; হরিঃ—শ্রীহরিনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

পুডনা হায়রম্মী—মহৈ মহৈ অমগা অমগা য়ারী শান্নরম্বী নিংথৌকোন্‌গী লৈমশিংগী অদুগুম্বা ৱাহৈ-ৱাডা পুম্নমক অদুবু শ্রীহরিনা মখোয়দা য়েংবিহুনা তরাম্ তরাম্ ওকপিখী। অদুদগী শ্রীহরি দ্বারকা পাংনা থোঙশান্‌খি।

শ্লোক ৩২

**অজাতশত্রুঃ পৃতনাং গোপীথায় মধুদ্বিষঃ।**
**পরেভ্যঃ শঙ্কিতঃ স্নেহাৎ প্রাযুঙ্‌ক্ত চতুরঙ্গিণীম্ ॥ ৩২ ॥**

শব্দার্থ

অজাতশত্রুঃ—য়েক্লবা-পোক্তি্রবা যুধিষ্ঠির মহারাজ; পৃতনাম্—লাম্মী; গোপীথায়—ঙাকশেন্নবগী; মধুদ্বিষঃ—মধুগী য়েক্লবগী (শ্রীকৃষ্ণগী); পরেভ্যঃ—অতৈদগী (য়েক্লবশিংদগী); শঙ্কিতঃ—চিংনরম্বা; স্নেহাৎ—নুংশিবদগী; প্রাযুঙ্‌ক্ত—শীজরথি; চতুরঙ্গিণীম্—শামু, শগোল, দোলাই অমসুং খোঙমী লাম্মী মথল মরি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

য়েক্লবা-পোক্তি্রবা মহারাজ যুধিষ্ঠিরনা ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণবু ঙাক-শেন্নবা হায়দুনা নুংশিরুবদগী য়েক্লবশিংনা করি তৌরক্লদগে হায়দুনা চিংনরম্বা মরম্মা শামু, শগোল, দোলাই (রথ), অমসুং খোঙমী (পদাতি) হায়বা, মথল মরিগী লাম্মী থারম্মী।

নৈনরোল

মহোশাগী ঙাক-শেন্নবা থরম্বা উপায়দি শগোল, শামু, দোলাই অমসুং খোঙমী হায়বা মথল মরিসিনি। শগোলগা শামুগবু চৌঙ-মাল অমদি তম্নচিংবা মফম খুদিংমক্তা চৎপা য়াননবা তম্বিরম্মী। দোলাই-লাম্মীশিংনা (রথীশিংনা) মপাঙ্গল-লৈরবা লীকং-তেম্মা শগোলময়াম শামু ময়ামগা মায়োক্তনা লাম্বেংনবা ওম্মী; মখোয়না ব্রহ্মাস্ত্র (হৌজিক মতমগী আণবিক অস্ত্রগা মান্নবা) হাযবা খুৎলাইশু কাওবা শীজম্নরম্মী। শ্রীকৃষ্ণদি মী খুদিংগী মরুপ্নি অদুগা য়াইফনবা নীংবা মপুনি হাযবা মহারাজ যুধিষ্ঠির য়ুম্না খঙলম্মী; অদুম ওইনমক ভগবানবু মহোশানা কলক য়েংথিম্না অসুরশিং লৈরম্মী। অদুনা মী অতৈনা আক্রমণ তৌশল্লকপা য়াই হায়না চিংনবদগী অমসুং চুম্না নুংশিবদগীসু, মহাত্মা ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণবু ঙাকশেন্নবা মাগী মাগী চতুরঙ্গ সেনাসু থৌগল-লাক্কল ওইনা থারম্মী। অতৈনা আক্রমণ তৌরক্লনা ঙাকথোকপা তারবসু কৃষ্ণ মথন্তনা মশাবু ঙাকচবা ঙম্মবনি, অদুবু যুধিষ্ঠির মহারাজদি মনেনা পোকপা ময়ামুংনিনা মহাত্মা শীল্লম্বা পুম্নমক কৃষ্ণনা য়াদবা ঙম্মদে। ভগবান্না মাগী দিব্য-লীলাদা মথাপোনবা মী অমগী শরুক্ য়ারম্মী; অদুম তৌবা মরম্মা মহাত্মা করিগুম্বা মতমদা যশোদা মাতাগী মথাকোন্দা মশাবু গক্তি-লৈত্রবম অণ্ডাং অমগুম কোলহনখি। মসু ভগবানগী দিব্য লীলানি। ভগবানগা ভক্তশিংগা লোয়নদুনা তৌরিবা লীলাশিংসিগী মরু-ওইবা য়াদি দিব্য ওইবা আনন্দ অমা ভোগ তৌগে হায়দুনা শান্নবনি; মসিগী আনন্দদুদি চাংদম্নভাই করিমতা লৈতে, ব্রহ্মানন্দগী থাক কাওবা য়োরবনি।

শ্লোক ৩৩

**অথ দূরাগতান্ শৌরিঃ কৌরবান্ বিরহাতুরান্।**
**সন্নিবর্ত্য দৃঢ়ং স্নিগ্ধান্ প্রায়াৎ স্বনগরীং প্রিয়ৈঃ ॥ ৩৩ ॥**

শব্দার্থ

অথ—অদুগী তুংদা; দূরাগতান্—লাপ্পা লোইনরকম্বা; শৌরিঃ—শ্রীকৃষ্ণ; কৌরবান্—পাণ্ডবশিংবু; বিরহাতুরান্—কায়নগলোমে হায়বগী য়ারম্ব'; সন্নিবর্ত্য—হলকনবা হায়দুনা; দৃঢ়ম্—চেৎনা; স্নিগ্ধান্—নুংশিরবশিংবু; প্রায়াৎ—লেঙথি; স্বনগরীম্—মশাগী নগরদা; প্রিয়ৈঃ—নুংশিবা থোঙলোইশিংগা লোয়ননা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণবু হুংশিমনবদগী কুরু শাগৈগী মচামশু ওইরবা পাণ্ডবশিংনা শ্রীকৃষ্ণবু লম লাপ্না থিন্দোরকখি। কায়নগদৌরে হায়বা বাখল্লা পাণ্ডবশিংদু য়াম্না থবাই য়ারম্মী। অদুম ওইনমক, ভগবান্না মখোয়দা হন্দোক-লৈহৌদ্রে হায়না তক্লম্মী, অদুদগী শ্রীকৃষ্ণনা মাগী হুংশিরবা খোঙলোইশিংগা লোয়ননা মাগী নগরী দ্বারকা তম্না খোঙথানখি।

### শ্লোক ৩৪-৩৫

**কুরুজাঙ্গলপাঞ্চালান্ শূরসেনান্ সযামুনান্।**
**ব্রহ্মাবর্ত্তং কুরুক্ষেত্রং মৎস্যান্ সারস্বতানথ ॥ ৩৪ ॥**
**মরুধন্বমতিক্রম্য সৌবীরাভীরয়োঃ পরান্।**
**আনর্ত্তান্ ভার্গবোপাগাচ্ছ্রান্তবাহো মনাগ্বিভুঃ ॥ ৩৫ ॥**

### শব্দার্থ

কুরুজাঙ্গল—দিল্লী প্রদেশ; পাঞ্চালান্—পঞ্জাবকী শরক অমা; শূরসেনান্—উত্তরপ্রদেশকী শরক অমা; স—লোয়ননা; যামুনান্—যমুনা তোর্বান্দাবা প্রদেশশিং; ব্রহ্মাবর্ত্তম্—অবাংথংবা উত্তর প্রদেশগী শরক; কুরুক্ষেত্রম্—লান খোয়খিবা লম; মৎস্যান্—মৎস্যদেশ; সারস্বতান্—পঞ্জাবকী শরক; অথ —মতুংদা; মরু—মরুভূমি হায়বদি রাজস্থান; ধন্বান্—ঈশীং বাংনা হংবা লমদম মধ্যপ্রদেশ; অতিক্রম্য—লাম্বোক্লগা; সৌবীর—সৌরাষ্ট্র; আভীরয়োঃ—গুজরাটকী শরক; পরান্—নোংচুপ মায়কৈদগী; আনর্ত্তান্—দ্বারকা; ভার্গব—হে শৌনক; উপাগাৎ—য়ৌখি; শ্রান্তবাহঃ—চোকথরবা শগোল্না মহাকী ওইরিবা অদুগুম্বা মহাক্না; মনাক—খিত্তং; বিভুঃ—শ্রীকৃষ্ণ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে শৌনক, অদুদগীদি ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনা যমুনা তোর্বান্দা লৈবা লমদম কুরুজাঙ্গল, পাঞ্চাল, শূরসেন, ব্রহ্মাবর্ত্ত, কুরুক্ষেত্র, মৎস্য, সারস্বত প্রদেশ অদুগা ঈশীং লৈতবা অদুগা ঈশীং বাংপা প্রদেশ পুম্নমক লাম্বোক্লগা অদুম মথঙ মথঙ লেঙবনা সৌবীর অমসুং আভীর প্রদেশশিংদা থুংখি, অদুদগী মখোয়সিগী নোংচুপ্তা লৈবা দ্বারকাদু কোম্লংদা থুংখি।

### মৈনরোল

ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনা মতমতুদা কাওহুনা লেঙলম্বা প্রদেশশিংদুগী মমিং তোঙান তোঙান্না লৈরম্মী। অদুবু পীরম্বা মায়কৈনা তাকপদি শ্রীকৃষ্ণ দিল্লী, পঞ্জাব, রাজস্থান, মধ্যপ্রদেশ, সৌরাষ্ট্র অমসুং গুজরাট কাওহুনা লেঙলগা মরম্লাই দ্বারকা দেশ য়ৌখি হায়বদু উৎপা চপ চানা ওম্মী। মতমদুদগী হৌজিক কাওবা লৈরকপা প্রদেশশিংদুগী মাপ্পবা মরম খিজন্নরগা খোইনা তোংজনগাই লৈতে। অদুবু রাজস্থানগী মরু-লমদম অদুগা ঈশীং-বাংপা মধ্যপ্রদেশগুম্বা প্রদেশশিংসে চহী লীশীং মঙাগী মমাঙদকাওবা লৈরম্বা মাল্লী। মরু-লমদমসে মরুভূমি ওইথংলকপা কুইন্নি হায়না লৈপাক লৈহাও থঙবা হৌজিকাদগী মীশিংসিনা হারম্বিবা মত অসে ভাগবতম্দা হায়রিবা বাকমদি শৌগৎতে। বাকমসিদি হৈশিংলবা ভূতত্ত্ববিৎশিংনা খিজরবা থম্নসি, মরমদি হোংগনবা বিশ্বগী লৈশারোন্দি মথল মথেল নাই। ঐখোয়না খঙজনগদবা হায়রবু, শ্রীকৃষ্ণদো কৌরবশিংগী লমদমদগী হৌজিক মহাকী লমদম দ্বারকাধাম য়ৌরক্লে হায়বসিদনি। কুরুক্ষেত্রসি বৈদিক যুগতগী লৈরক্লিবনি। কনাগুম্বা লোল-হন্দোকপা কাঙবুশিংনা কুরুক্ষেত্রবু খঙগল্লদবা নত্রগা লৈতে হায়বদি মখোয় পুঙপঙ পঙজয়ে হায়না তাকপনি।

## শ্লোক ৩৬

**তত্র তত্র হ তত্রত্যৈর্হরিঃ প্রত্যুজ্ঝতার্হণঃ ।**
**সায়ং ভেজে দিশং পশ্চাদ্‌গবিষ্ঠো গাং গতস্তদা ॥ ৩৬ ॥**

তত্র তত্র—মফম মফমদুদা; হ—অসুম্না থোকখি; তত্রত্যৈঃ—মফমদুগী মীশিংনা; হরিঃ—পরমেশ্বর ভগবান্; প্রত্যুজ্ঝতার্হণঃ—মওোন্দা পোৎ-চৈনচিংবা কৎলগা পূজা তৌরিবা অদুগুম্বা মহাক; সায়ম্—মুৎদাংবাইরম; ভেজে—য়ৌখি; দিশম্—মায়কৈ; পশ্চাৎ—নোংচুপকী; গবিষ্ঠঃ—অতিয়াদা লৈবা মুমীৎ; গাম—সমুদ্রদা; গতঃ—চঙপ্রবা; তদা—মতমদুদা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রদেশ ময়ামসি কাওদুনা শ্রীকৃষ্ণনা লেঙবদা মহাকপু তরাম তরাম ওকখি, পূজা তৌখি অদুগা পোৎ মখল মখা কৎখি। মফম খুদিংমক্তা ভগবান্না সন্ধ্যা চঙলকপদা সন্ধ্যাগী পূজা তৌনবা হেক হেক লেপখি। মুমিৎ তাপ্রবা মতমদা সন্ধ্যাগী পূজাসি নিতিগী কায়বা লৈতনা কৎলি।

### নৈনরোল

ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনা লেঙখিবা থোঙচৎসিদা চাং-নাইনা ধর্মগী কর্মশিংদু নিতিগী তৌখি। ভগবান কাওবা সকাম কর্ম তৌদবা য়াদে হায়না কনা কনাগুম্বা দার্শনিক মত পীনৈ। থাজৈশংবমক্তি মদু অওইবদি নত্তে। মহাক করিগুম্বা অফবা নত্রগা ফত্তবা থবকী ফল ভাইবা তৌদে। ভগবান্দি অদ্বয়তত্ত্বনিনা মহাক্না তৌবা থবক খুদিংমক খ্বাই-পূম্বগী অফবা ওই। অদুবু মহাক্না পৃথিবীসিদা অবতার তৌবা মতমদদি মহাক্না ভক্তশিংবু কন্নবা অদুগা ভক্ত নত্তবা মীশিংগী মাঙহন্নবা তৌই। তৌদবা য়াদবা থবক অমতা মাগীদি লৈত্তে, অদুম ওইনমক মহাক থবক খুদিংমক তৌই মরমদি মাগী মতৌ মীনা তমসনু হায়দুনা। মদুমক্তি মীঙোন্দা পাওতাক পাও/মন্নবগী মওং হায়বদো। মশামক্না আচরণ তৌরগা (চৎলগা) আচরণ অদুমক অতোপ্পদা তম্বিগদৌবনি; নত্রগদি কনাগুম্বনা পাউতাক পীবদু কনামতনা লৌবিরোই। ভগবান্ মশামক্না কর্ম-ফল-পীবা হায়বদুনি। মহাক্তীদি অবাৎপা করিসু লৈত্তে, অদুমকপু লাইতাক-শাস্ত্রশিংনা হায়বা বাদুগী মতুং ইন্না মহাক থবক চখে। মদুম তৌরবদি থবকী থৌওং করিনো হায়বদু চপ চানা মানা ঐখোয়দা তাকপী। ভগবান্ মানা অদুম্না তৌত্রগদি মীচমশিংদি অরানবদুদা তৌদুনা লেন্নবা য়াই। অদুবু চাওখৎলবা মত্তাঙদা ভগবান্‌গী দিব্যভাব করিনো হায়বা খঙলবা মতমদা ভগবান্‌গী মতৌ তম্নবা হোৎনফদে। মদু ওইথোক্তবনি।

ভগবান্না মীওইবগী সমাজদা মীপূম খুদিংনা তৌবা থৌশিংদু তৌই, অদুবু করিগুম্বা মতমদা খ্বাইদগী হেন্দোকপা থবকসু মতৌই। মদুগুম্বা থবকী মতৌদি জীবনা তমগদবা নত্তে। নৈনরিবা শ্লোকসিদা পল্লিবা সন্ধ্যাগী ধর্ম-কর্ম কৃষ্ণনা তৌখিবসিগী মতৌদি মীওইবশিংনা ইনগদবনি, অদুগা মানা চীঙ থাজৎপগী অমদি গোপীশিংগা জগোই শামিন্নবগী থবক মতৌ তম্বদি ওইথোক্তে। কনামতনা মুমিংকী মতৌ তম্বা ঙমদে, মুমিংতি অনৈবা অমোৎপা মফমদগী কাওবা ঈশ্বীং চুপথোকপা ওন্নী। খ্বাইদগী হেন্না শক্তি লৈবা অদুনা পুঙফ কবা থবক অমা তৌবা ঙন্নী, অদুবু মদুগুম্বা থবকী মতৌ ঐখোয়না তমল্লুরবদি ঐখোয় লোই-খম্বা নাইদবা অবাবদদা তাদুনা তোকনি। মরমসিনা, থবক খুদিংমক্তা মশানা তৌদুনা খঙলবা গুরু হায়বদি ভগবান্-কৃপা ওইনা উৎপগুম্না থোরক্লবা মীদুগা মতম পূন্নমক্তা বা তান্নগদৌবনি, অদুগা চাউখৎ খোঙথাঙ থাংনবগী লম্বী কৎবা শোরক্লবনি।

অসুম্না ব্রহ্মসূত্র ভাষ্য শ্রীমদ্ভাগবতম্‌গী অহানবা স্কন্দদা শ্রীকৃষ্ণনা দ্বারকাদা লেঙবা কৌবা তরাশুবা অধ্যায় লোইরে।

# তরামাথোইশুবা অধ্যায়

## শ্রীকৃষ্ণনা দ্বারকাদা থুংশুবা

শ্লোক ১

**সূত উবাচ**

**আনর্ত্তান্ স উপব্রজ্য স্বৃদ্ধান্ জনপদান্ স্বকান্।**
**দধ্মৌ দরবরং তেষাং বিষাদং শময়ন্নিব ॥ ১॥**

শব্দার্থ

সূতঃ উবাচঃ—সূত গোস্বামীনা হায়খি; আনর্ত্তান্—আনর্ত্তান্ (দ্বারকা) কৌবা দেশ; সঃ—মহাক (শ্রীকৃষ্ণ); উপব্রজ্য—মনাক য়ৌরগা; স্বৃদ্ধান্—য়াম্না চাওখৎলবা; জনপদান্—সহরশিং; স্বকান্- মশামকী; দধ্মৌ—খোংখি; দরবরম্—মোইবুং (পাঞ্চজন্য); তেষাম্—মখোয়গী (মাগী মী-শিংগী); বিষাদম্- অৱাবা; শময়ন্—কোকহন্নবগী; ইব—মতৌগুম্না।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সূত গোস্বামীনা হায়রম্মী—শ্রীকৃষ্ণনা মশামকী য়াম্না চাওখৎলবা আনর্ত্ত কৌবা দ্বারকা দেশগী নাক য়ৌরগা লৈবাকী মী ময়ামগী অৱাবা কোকহন্নবগী মতৌগুম্না মহাকী পাঞ্চজন্য কৌবা মোইবুং খোংখি।

নৈনরোল

লৈবাকী মুংশিজরবা ভগবান্না মহাকী চাওখৎলবা দ্বারকা কৌবা নগরদগী কুরুক্ষেত্রগী লান য়াওরুনবগী মতম শাংনা লাম্না লৈরুই; মতৌ অসুম্না মাগ' কায়নবগী য়াবনা লৈবাক প্রজা পুম্নমক থৱাই মুংঙাইরমদে। ভগবান্না মর্ত্তাভূমিদা কৃষ্বিরকপা মতমদা নিংথৌনা চৎথোকপদা মনাই-মশল থৌগল-লাজল ময়াম্না ইনবগুম্না শ্রীকৃষ্ণস্ত মাগী নিত্য পরিকরশিংগা কৃষ্বিরকই। ভগবানগী অসিগুম্বা পার্ষদশিংহু নিত্য-মুক্ত ওইরবা আত্মা ওাক্লি। মখোয়না ভগবান্বু য়াম্না মুংশিবা মরম্না ভগবান্গা কায়নবগী মৈচাক অহু মীৎকুপ অমফাওবা খাঙবা ঙমদে। মতৌ অসুম্না দ্বারকা-নগরগী মীশিংনা য়াম্না রানা লৈরগা মীৎকুপ খুদিংমক ভগবান্ লেঙলরুগদ্রা হায়না খৌরাংনা ঙাইরম্মী। ভগবান্ য়ৌরক্লে হায়বা তারুবগী মোইবুং মখোন-তাবদা নথৱাই মুংঙাইরম্মী অহুগা মখোয়গী অৱাবহু কোকহনবা মাল্লম্মী। মখোয়গী মরক্তা থুংলহুনা ভগবান্না য়াওরবা অহু ঙাইহুনা লৈরম্মী, মরমহুনা মখোয় লোয়নমক ভগবানবু তরাম তরাম মতীকচাবা মওংদা ওকে হায়না ইলাও লাওখি। মতৌ পুম্বসি ভগবান্বু থম্মোইনা মুংশিবগী খুদমনি।

### শ্লোক ২

**স উচ্চকাশে ধবলোদরো দরোঽপ্যুরুক্রমস্যাধরশোণশোণিমা।**
**দাধ্মায়মানঃ করকঞ্জসংপুটে যথাব্জষণ্ডে কলহংস উৎস্বনঃ॥ ২ ॥**

#### শব্দার্থ

সঃ— মহাক্ (মোইবুং); উচ্চকাশে— ফজখিঃ ধবল-উদরঃ— মবুক-ঙৌরোক-ঙৌব'; দরঃ—মোইবুং; অপি —সু; উরুক্রমস্য—থৌনা-ফবা মহাক্কী হায়বদি শ্রীকৃষ্ণগী; অধরশোণশোণিমা— চীনবানগী অঙাঙবা মচুনা ফজনা ঙাঙলবা; দাধ্মায়মানঃ—খোংলকপা; করকঞ্জ-সংপুটে—খুৎনা চেংনা পায়খিবনা; যথা —গুম্না; অব্জষণ্ডে—থম্বাল অঙাঙবা মরক্তা; কলহংসঃ—কাঙঙ; উৎস্বনঃ—খোলহৌনা খোংলিবা।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণগী খুৎ-থম্বাল অনীনা পায়রগা খোংলক্লিবা মোইবুংলেন্দুগী মবুক মমুঙহু ঙৌরোক ঙৌরবসু শ্রীকৃষ্ণগী চীনবানগী অঙাঙবা মচুনা লৈতেংখিবনা ফজরকখিবহু থম্বাল অঙাঙবগী মরক্তা কোয়চৎ চৎতুনা শাম্নরিবা অহুগা খোল হৌনা খোঙলিবা কাংঙগা মান্ননা ফজখি।

#### নৈনরোল

অঙৌবা শঙ্খনা ভগবান্গী চীনবান্গা শম্নবদগী ওইখিবা অঙাঙবা মচু অহু চিৎ-গুণগী খুদম অমনি। ভগবান্দি চিৎ প্রকৃতিনি (চিন্ময়নি) অহুগা জড় প্রকৃতিনা চিৎ হায়বসি লৈ হায়বা খঙদবা অহুনি। তশেংবদি দিব্য জ্ঞানগী মমুংদা জড় ওইবা পোৎ করিমতা লৈতে; দিব্যজ্ঞান অসি পরমেশ্বর ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগা হেক শম্নবগা থোরকই। ভগবান্দি লৈরিবা পোৎ খুদিংদা লৈ, অহুগা পোৎ অমদা হেক্তা মশাবু প্রকাশ তৌবা ঙম্মী ভগবান্দি। ভগবান্বু খোরাংনা মুংশিরবা অহুগা ভক্তি তৌরবতনা হায়বদি ভগবান্গা শম্নরগদনা, পোৎ খুদিংমক ভগবান্না পায়বা শঙ্খগুম্না মচু ঙাঙলকই, অহুগা পরমহংসনা হায়বদি য়েনা জ্ঞান তাররা মীতনা মতম পুম্নমক্তা ভগবান্গী খোঙ-থম্বালনা মতম পুম্বা লৈতেংলিবা চিদানন্দ কৌবা লাইজমুংদা কাংঙ ওইনা শাম্নরি।

### শ্লোক ৩

**তমুপশ্রুত্য নিনদং জগদ্ভয়ভয়াবহম্।**
**প্রত্যুদ্যযুঃ প্রজাঃ সর্বা ভর্তৃদর্শনলালসাঃ॥ ৩॥**

#### শব্দার্থ

তম্—মহাক্; উপশ্রুত্য—নাকোঙনা তারবুনা; নিনদং—খোন; জগৎ-ভয়—সংসারগী অকিবগী; ভয়াবহম্ —কিনঙাই ওইবা; প্রতি —মায়কৈরোমদা; উদ্যযুঃ—খুনা চৎখি; প্রজাঃ—প্রজাশিং; সর্বাঃ—পুম্নমক্কা; ভর্তৃ—য়োকপিবা মপুবু; দর্শন—উবগী; লালসাঃ—অপাম্বা লৈরবা।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সংসারগী অকিববু কিহন-ঙম্বা মোইবুঙ-খোন মনাকোঙনা তারগা ভক্তয়োকপা শ্রীকৃষ্ণবু উনীংবনা খোয়রাঙলবা দ্বারকাগী প্রজাশিংনা মাগী মায়কৈ তম্না চেনশল্লকখি।

## নৈনরোল

শ্রীকৃষ্ণগী নাক্তা লৈরম্বা দ্বারকাগী মীশিংদু ভগবান্‌গী পার্ষদ্ ওইনা অবতারদা য়াওমিন্নরকপা নিত্যমুক্ত ওইবা পাষদ্ ঙাক্লি হায়বা ৱাফমদু মথক্তা পনজগ্রে। চিদাত্মাগী সম্বন্ধদগী মখোয়দু ভগবান্‌গা কায়নবা হায়রবদু লৈরমত্রবনু মখোয় লোয়নমক ভগবানবু দর্শন তৌনীংবনা খোয়রাঙখি। বৃন্দাবন্দা গোপীশিংনা শ্রীকৃষ্ণনা গ্রাম থাদোক্লুনা শল শেনবা লেঙথ্রিঙৈদা শ্রীকৃষ্ণবৃতা খন্দুনা লৈবগুম, দ্বারকাবাসীশিংনু শ্রীকৃষ্ণনা কুরুক্ষেত্রগী লাল লেঙথ্রিঙৈদা মহাকপুদা খন্দুনা লৈখি। বঙ্গদেশগী অকাউবা উপন্যাসকার অমনা বৃন্দাবনগী কৃষ্ণ, মথুরাগী কৃষ্ণ অমসুং দ্বারকাগী কৃষ্ণ অহুমসি তোঙান তোঙাল্লি হায়না হায়খি। ঐতিহাসিক তথ্য মতুং ইন্না য়েংলগদি মহাক্কী ৱাদু অচুম্বা নত্তে। কুরুক্ষেত্রগী কৃষ্ণ অমসুং দ্বারকাগী কৃষ্ণ অমতনি, তোঙান তোঙানবা নত্তে।

মতৌ অসুম্না দ্বারকাবাসীশিংদু শ্রীকৃষ্ণনা দ্বারকাদগী লেঙখিবদুদা মথৱাই ৱানা লেনখি। অৱাবদুগী মতৌদি মুমীৎ তাপ্রবদা অহিংদা মীওইবা ঐখোয়না মুংঙাইতবগুম্বনি। শ্রীকৃষ্ণনা মহাক য়োৱক্লে হায়বা তাক্লবা হায়দুনা খোংখিবা মোইবুংখোন অমসুং অয়ুক্তা মুমীৎ থোরক্কদোরে হায়না তাকপা পোত্তাগুম্বনি। মরমদুমা দ্বারকাবাসীশিংনা কৃষ্ণনা মুমীৎ থোরকপগুম য়োৱকপদা তুমলুবদগী হৌরকপগী মতৌগুম্লম্মী। অদুনা মখোয় কৃষ্ণবু দর্শন তৌগদবগী চেন্না চেন্না কৃষ্ণ মায়কৈ তমখি। ভগবানগী ভক্তশিংনা ভগবান্ নত্তনা অতৈ অমবু মখোয়বু য়োকপীবনি হায়না লৌদে।

ভগবান্‌গী খোন অসি ভগবান্‌গা অমতনি হায়বসি ভগবানগী অদ্বৈত (অনী থোক্তবা) স্বরূপকী মতুং ইন্না ঐখোয়না ব্যাখ্যা তৌনবা হোংনপ্রবনি। ঐখোয়গী হৌজিক ওইরিবা প্রাকৃত জীবন অসিদি অকিবনা বিক থল্লী। প্রাকৃত জীবনগী সমস্যা মরিথক লৈ, মদুদি—চিঙ্গাক্কী সমস্যা, লৈননবা য়ুমগী সমস্যা, কিবগী সমস্যা, অমসুং মুপী মুপা পাদোঙনবগী সমস্যা; মরিসিগী মমুঙদা কিবগী সমস্যানা অতৈ সমস্যাদগী হেন্না ঐখোয়দা অৱাবা পী। ঐখোয়না কিরিবসি মতুঙদা করি থোক্লগদগে খঙদবদগী কিরিবনি। প্রাকৃত জীবন হায়বদি সংসারগী পুন্সি হায়বসি সমস্যাগী সমস্যা ঙাক্তনি, অমসুং কিবগী সমস্যাদি মতম পুম্নমক্তা ফন-ফন চোংথোক্লুনা লৈ। মসি থোক্লিবসি ভগবান্‌গী বহিরঙ্গা শক্তি হায়বদি মায়া শক্তিগা ঐখোয়না শম্নবদগী থোকপনি; অদুম ওইনমক ভগবান্‌গী পবিত্র নাম-বা মহুৎ শিন্নিবা ভগবানগী খোন অদু হেক থোকপগা অকিবা পুম্নমক মাঙজী। ভগবান্ শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা মখাগী ৱাহৈ তরাতরুক অসিদা ভগবানগী খোন অদু থোকহল্লম্মী, মদুদি—

হরে কৃষ্ণ, হরে কৃষ্ণ, কৃষ্ণ কৃষ্ণ, হরে হরে;
হরে রাম, হরে রাম, রাম রাম, হরে হরে।

খোম্থোকশিংসিগী মতেঙ লৌদুনা সংসারীগী পুন্সিদা লাক্লিবা সমস্যা পুম্বদগী নাম্থোকপা ঙমগনি।

## শ্লোক ৪-৫

তত্রোপনীতবলয়ো রবের্দীপমিবাদৃতাঃ।
আত্মারামং পূর্ণকামং নিজলাভেন নিত্যদা ॥ ৪ ॥

প্রীত্যুৎফুল্লমুখাঃ প্রোচুর্হর্ষগদ্গদয়া গিরা।
পিতরং সর্ব্বসুহৃদমবিতারমিবার্ভকাঃ ॥ ৫ ॥

### শব্দার্থ

তত্র—মফমদুদা; উপনীত—পীরবা; বলয়ঃ—পোৎচৈ; রবেঃ—নুমীৎতা; দীপম্—থাওমৈ; ইব—গুম্না; আশ্রিতাঃ—লুনা তৌরবা; আত্মারামম্—মথন্তুনা ওক্লবা; পূর্ণকামম্—মপুঙফানা পেনজরবা; নিজলাভেন—লম্নাই মঙম্না; নিত্যদা—মতম পুম্বদা পীদুনতা লৈবা; প্রীতি—নুংশিবা; উৎফুল্লমুখাঃ—মকা লান্নবা মায়থোঙশিং; প্রোচুঃ—হায়রম্মী; হর্ষ—হরাওবা; গদগদয়া—লকক্ লকক্লা; গিরয়া—ৱাহৈনা; পিতরম্—মপাদা; সর্ব্ব—পুম্না; সুহৃদম্—মরূপশিং; অবিতারম্—শেন্নবিবা মীবু (অভিভাবকপু); অর্ভকাঃ—অঙাঙশিংনা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রজাশিংনা মাগী মাগী অকৎপোৎকা লোয়ননবা শ্রীকৃষ্ণগী মাঙদা য়োৱরক্লগা মথন্তুনা নুংঙাই-ঙমজরবা অমদি অনীংবা পুম্বা থুংলবা অদুগা মাগী শক্তিনা মতম পুম্বদা পীবদনা মশীন্ ওইরবা মঙোন্দা পোৎচৈশিংদু কৎখি। অকৎপোৎশিংদু নুমীৎতা থাওমৈ কৎপগুম থোকখি। অদুম ওইনমক অঙাঙমচানা মখোয়গী অভিভাবক ওইবা মপাবু তরাম তরাম ওকপদৌনা প্রজাশিংনা খোন লকক্-লকক্ তৌবগা লোয়নবা ৱাহৈনা শ্রীকৃষ্ণদা হায়খি।

### নৈনরোল

পরমেশ্বর ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণবু মফমসিদা 'আত্মারাম' হায়না বর্ণন তৌরি। মহাক মশা মথন্তুনা ওকচ-ঙম্বনি, অদুনা মশা নত্তবা অতোপ্পা কনামদগী নুংঙাইবা ফংনবা থিরুনঙাই লৈতে। মহাক আত্মারাম-নি মরমদি মহাক মশামক নুংঙাইবা পুন্নপ্নি (আনন্দ ঙাক্নি)। মহাক সচ্চিদানন্দ মপুন্নি। অদুনা করিগুম্বা অকৎপোৎ অমতগী মমল য়াম্নবস্তু, মাগী অৱাৎপা মেম্নবা ওইদে। অদুমক ওইনমক মহাক্তি পুম্নমক্কী য়াইফনবা খল্লিবনিনা কনাগুম্বনা থম্মোই শেংনা ভক্তিগা লোয়ননা কৎলবা পোৎ অদু মহাক্লা লৌদবা লৈতে। পোৎ অদু মাগী ৱাংলে হায়বগী নত্তে, মরমদি পোৎ পুম্নমক মাগী শক্তিদগী থোকপা ঙাক্তনি। মফমসিদা ভগবানদা পোৎ কৎপদি নুমীৎতা থাওমৈ কৎপ-গুম্বনি হায়না থবক মতৌ অনী চাঙদম্নরি। মৈ অমদি মঙাল চেনবা পোৎ খুদিংমক নুমীৎকী শক্তিদগী থোকপন্নি, অদুম ওইনমক নুমীৎপু পূজা তৌবা মতমদা থাওমৈ অমা কৎপা ভাবনি। নুমীৎপু পূজা তৌবদি নুমীৎতগী করিনো অমা নিবগীদমক্নি, অদুগা ভগবান্দা প্রেম-ভক্তি কৎপদি মায়কৈ অনীদগী হায়বদি ভগবান্ অমসুং ভক্তদগী অপাম্বা নিবগী ৱা লৈতে। কৎলিবদুগী মরমদি ভগবান্গা ভক্তগা মক্তবা পুকচেল্দা নুংশিনৈ হায়বগী খুদম তাকপদনি।

ভগবান্দি জীব পুম্নমক্কী অপোকপা মকোক্নি, মরমদুনা ভগবান্গা লৈনম্নিবা মরী (সম্বন্ধ) অসি থঙবা মখোয়দুনা মচানা মপাদগী নিবগী ভাবতা নিবা য়াই অদুগা মপানা হায়বা ইনবা মচাশিংনা নিবা পোৎ অদু মমল তীক্লবা তৌদবমখৈ পীরগা নুংঙাইজৈ। ভগবান্দি কল্প বৃক্ষ (অনীংবদা পীবা পাম্বী) অমগুম্বনি। মঙোন্দগী মী খুদিংমক্না পামজবা পুম্নমক ফংবা ঙম্মী, মরমদি মহাক্তি মশাগী ওইজবা থিদবমখৈ থোজান হৈবনি। পোক্লেন পোকপা ওইনা ভগবানদি ভক্তগী ভক্তিগী লম্বীদা কায়গদৌবা লৈবা পোত্তি অশেঙবা ভক্তদা থক পীদে। ভক্তিমার্গদা ভগবান্গী সেবা তৌরিবা মীশিংদো মশাগী ওইজবা থাদোকপা মক্তথা ভক্তি সেবাগী থাকথাওবা ভগবান্গী আকর্ষণ শক্তিনা উপায় ওইদুনা কাখৎপা ঙমগনি।

শ্লোক ৬

**নতাঃ স্ম তে নাথ সদাঙ্ঘ্রিপঙ্কজং**
**বিরিঞ্চিবৈরিঞ্চ্যসুরেন্দ্রবন্দিতম্।**
**পরায়ণং ক্ষেমমিহেচ্ছতাং পরং**
**ন যত্র কালঃ প্রভবেৎ পরঃ প্রভুঃ॥ ৬॥**

শব্দার্থ

নতাঃ—খুরুম্বা; স্ম—তৌরে; তে—নঙোন্দা; নাথ—হে ইবুংঙো; সদা—মতমপুম্বদা; অঙ্ঘ্রি-পঙ্কজম্—খোঙথম্বান্দা; বিরিঞ্চি—ব্রহ্মা, ইহান-হানবা জীব; বৈরিঞ্চ্য—সনক-সনাতন-নচিংবা ব্রহ্মাগী মচাশিং; সুর-ইন্দ্র—স্বর্গগী নিংথৌ; বন্দিতম্—খুরুম্লিবা; পরায়ণম্—পুঙথোই-থোইবা; ক্ষেমম্—য়াইফবা; ইহ—হুন্দকী মপোক্তা; ইচ্ছতাম্—নীংলিবা; পরম্—পুঙথোই-থোইবা; ন—কদৌঙৈ নত্তে; যত্র—মফমদুদা; কালঃ—মতম্না; প্রভবেৎ—মথা পোলহল্লী; পরঃ—কোল্লেন; প্রভুঃ—মপু।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রজাশিংনা হায়রম্মী— "হে প্রভু, নহাকপু ব্রহ্মা, সন মরি (চতুঃসনঃ) অমদি স্বর্গ-নিংথৌ সুরেন্দ্র মক্না খুরুম্লিরিবনি। ইহলোকসিগী য়াইফবা পাম্বা জীবশিংগী চঙফম পুঙথোই-থোইবা হায়বদু ওইরিবা নহাক্নি। নহাক পুঙথোই-থোইবা মপু পরমেশ্বরনি অদুগা নঙোন্দা কালগী (মতমগী) খুজীন চঙবা ঙমদে।

নৈনরোল

ভগবদ্গীতা, ব্রহ্মসংহিতা অদুগা অতৈ প্রামাণিক ওইবা (মরা চৎনরবা) বেদশাস্ত্রশিংগী রা মতুঙ ইন্না পরমেশ্বর (ঈশ্বর মকোক) ভগবান্দি শ্রীকৃষ্ণনি। কনামতনা মহাক্না মায়দে অদুগা মঙোন্দগী হেন্বদু লৈত্তে; বাক্যসি শাস্ত্র পুম্নমকী মতনি। পরমেশ্বর ভগবান্গী অংশ-কলা ওইরিবা জীব পুম্নমক দেশ অমদি কালগী মথা পোল্লী। জীবশিংদি মথা-থোংবা ব্রহ্মনি অদুগা পরমেশ্বর ভগবান্দি পুম্নমকী মথক-কারিবা পরতত্ত্ব-নি। অসিগুম্বা তরং-তরংবা বাক্যসিবু ঐখোয়না হেক কাউবগা খুদক্তদা ঐখোয়বু মায়ানা খুতুম চল্লী, মতুম তৌরগা ঐখোয়বু শুকমূক মম্বদা তাবগুম অবামৈচাক অহুম্না (ত্রিতাপ) চাকথেকখি। চিন্ময় জীববু তশেংনা খঙবদি ভগবান্বু খঙবনি, ফীভমদুদদি জীবনা ভগবান্দা মতমপুম্বদা খুরুমদুনদা লৈ।

শ্লোক ৭

**ভবায় নস্ত্বং ভব বিশ্বভাবন**
**ত্বমেব মাতাথ সুহৃৎপতিঃ পিতা।**
**ত্বং সদ্গুরুর্নঃ পরমং চ দৈবতং**
**যস্যানুবৃত্ত্যা কৃতিনো বভূবিম॥ ৭॥**

শব্দার্থ

ভবায়—য়াইফনবগীদমক; নঃ—ঐখোয়গীঃ ত্বম্—নহাক; ভব—ওই; বিশ্বভাবন—বিশ্ব-শেম্বা; ত্বম্—নহাক; এব—লেপ্পমক; মাতা—ইমা; অথ—অদুগম্বু; সুহৃৎ—য়াইফনবা নীংবিবা মী; পতি

—ইপুরোইবা; পিতা—ইপা; ত্বম্—নহাক; সদ্গুরুঃ—অওইবা গুরু; নঃ—ঐখোয়গী; পরমম্—পুঙ৹ খোই-খোইবা; চ—অমসুং; দৈবতম্—লাংফম লাই; যস্য—মহাক্কী; অনুবৃত্ত্যা—খুত্থুং ইন্দুনা; কৃতিনঃ—থবক্তা মহৈ-য়াল্লবা; বভূবিম—ঐখোয় ওইরে।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

বিশ্ব তাইবঙশেম্বা ইবুংঙো, নহাক ঐখোয়গী ইমানি, ঋনবা-নীংবা মরূপনি, ইপুরোইবনি, গুরুনি অমসুং লাংনফম লাইনি। নঙগী খুত্থুঙ ইল্লগা ঐখোয় মায়কৈ খুদিংমক্তা মহৈ য়ান্‌জ রিবনি। মরমত্থনা, ঐখোয়না প্রার্থনা তৌজরিবদি নহাক্না কৃপা তৌবিবসি অসুম তৌথবিত্থনা লৈবিবা অসিতনি।

নৈনরোল

পুঙক-ফবা পরমেশ্বর ভগবান্দি বিশ্ব-তাইবং শেম্বা ওইবনিনা অফবা জীব পুন্নমক্কী য়াইফনবসু থৌরাংঙী। অফবা জীবশিংবু ভগবান্না পীবা অফবা পাউত্তাকশিংত্থ ইন্দুনা চৎলু হায়না ভগবান্না তাকপী; হায়রত্থ ইন্দুনা চৎপনা মখোয়না পুন্সি-লানফম খুদিংদা মহৈ য়াল্লী। পরমেশ্বর ভগবান্ নত্তনা অতৈ দেব-দেবী অমা পূজা তৌরুবগী কান্নবা লৈতে। ভগবান্দি তৌগে হায়বদা ঙম্মনি (সর্বশক্তিমান্-নি)। মহাক্কী খুন্না থম্লান্দা চঙজরগা মানা হায়বা ইন্দুনা ঐখোয়না মাবু পেল্‌হল্লবদি ঐখোয়গী ইহলোক পরলোক অনীমক্কী মহৈ য়াল্লনবা মহাক্না বর মতুম মতুম ঐখোয়দা হৈথরকপা ঙম্মী। পরমার্থগীদমক লৈবা ঙম্নবগীদমক ভগবান্গা ঐখোয়গা মতম পুন্নমক্কী ওইবা (নিত্য) সম্বন্ধ অমা লৈরিবত্থ খঙনবগী তাঙাদি মীওইবা ওইনা পোক্লিঙৈদদা ওইগদবনি। ঐখোয়গা ভগবান্গা লৈনরিবা সম্বন্ধসি নিত্য-সম্বন্ধনি; মসি থদংপা সুকন্না য়াররোইদৌবনি অত্থগা কনাগুম্বনা লৈহন্দবসু ঙম্লোইদৌবনি। সম্বন্ধসিবু হৌজিক হৌজিক্কী ওইনা কাউথোক্লবদি-য়াই, অত্থবু মকম মতম পুন্নমক্কী ওইবা শাস্ত্রশিংদা কোওদোক্লিবা ভগবান্গী য়াথংশিংত্থবু ঐখোয়না ইল্লবদি ভগবান্গী কৃপাদগী কাউরম্লবা সম্বন্ধত্থ অমুক নোংহৌননা নিংশিঙবা ঙমগনি।

শ্লোক ৮

অহো সনাথা ভবতা স্ম যদ্বয়ং
ত্রৈপিষ্টপানামপি দূরদর্শনম্।
প্রেমস্মিতস্নিগ্ধনিরীক্ষণাননং
পশ্যেম রূপং তব সর্বসৌভগম্ ॥ ৮ ॥

শব্দার্থ

অহো—আ ঐখোয়গী লাইবক ফবনি; সনাথাঃ—ঙাকপী-শেনবীনবা লৈরবা; ভবতা—নহাক্কী নপান্না; স্ম—(ঐখোয়) ওইরে; যৎ—মত্থ; বয়ম্—ঐখোয়; ত্রৈপিষ্টপানাম্—লাই-মচাশিংগী; অপি—কাওবা; দূরদর্শনম্—তাঙনা উনওাই ওইবা; প্রেমস্মিত—নুংশিনা নোক্লিবা; স্নিগ্ধ—নুংশিরবা; নিরীক্ষণ-আননম্—মীৎয়েংগী মায়থোং; পশ্যেম—উবা ঙমজরে; রূপম্—শকং; তব—নহাক্কী; সর্বসৌভগম্—মঙ্গল পুন্নমক্না থল্লবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

আঃ, মপীমপা লৈরমদবা ঐখোয় হৌজিক মপীমপা-লৈবা (সনাথ) হায়বত্নু ওইরে। মরমদি স্বর্গগী দেবশিংনা উবা ফংঙমত্রবা, প্রেমগা লোয়ননা নোল্লকপা মীৎয়েং মুংশিবনা থল্লবা মায়থোং-পাল্লিবা, অদুগা মঙ্গল পুম্নমক্না থল্লবা নহাক্কী রূপ (শক) ঐখোয়না উবা ফংজরে।

### নৈনরোল

ভগবানবু মাগী নিত্যরূপ-তা উবা ফংজবদি শুদ্ধ ভক্তশিংতনা ফংজে। ভগবান্দি কদৌঙৈদম্মু নির্ব্বিশেষ (শক্লাইদবা) নত্তে, অদুবু মহাক্তি পরমেশ্বর ভগবান্ অদ্বয় তত্ত্বনি, মহাকপু মায়য়োক্লনা উবদি প্রেম-ভক্তি যোগতনা ওইথোকহল্লী; মহাকপু উবদি স্বর্গগী লাইয়ামশিংনফাওবা ফংজদে। ব্রহ্মাগা দেবতা অতৈশিংগনা ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী অংশ শ্রীবিষ্ণুগী পাওতাক লৌনীংলকপা মতমদা শ্রীবিষ্ণুনা চেপ্পুনা লৈবা শ্বেতদ্বীপ্পা লৈরিব। ক্ষীরসমুদ্রগী তোর্বান্দা মখোয় ভাইদুনা লৈবা তাখি। ক্ষীর-সমুদ্রসিগা শ্বেতদ্বীপ কৌবা লোক অসিগা অনীসি ব্রহ্মাণ্ডগী মনুঙদা লৈবা বৈকুণ্ঠলোক অদুগী প্রত্যকনি। ব্রহ্মাসু অদুগা ইন্দ্রনচিংবা দেবতাশিংসু শ্বেতদ্বীপকী মনুঙদা চঙবা ঙমদে, অদুবু মখোয় ক্ষীরসমুদ্রগী তোর্বান্দা লেপ্পুনা লৈরগা ক্ষীরোদকশায়ী বিষ্ণু হায়না খঙনবা ভগবান্ বিষ্ণুগী মফমদা মখোয়গী মপাউ থাবদি ঙম্মী। মরমদুনা, মখোয়না ভগবানবু উবদি য়াম্না তাঙনা থোকয়ি, অদুবু দ্বারকাবাসীশিংদি কর্ম্ম অমসুং জ্ঞানগী মচু মরীক অমফাওবা পক্তবা শুদ্ধ ভক্ত। ওইবনিনা ভগবান্গী কৃপানা ভগবানবু মায়য়োক্লনা উবা ঙমজে। ফীভমসিনি জীবাত্মাশিংগী মহৌশাগী ওইবা ফীভমদি; ফীভমসি ফংগে হায়রবদি ভক্তিযোগতনা পুথোরকপা জীবস্বরূপকী ওইবা পুন্সি মরেল অদু লেল্লগদা য়াগনি।

### শ্লোক ৯

বর্হ্যম্বুজাক্ষাপসসার ভো ভবান্<br>
কুরূন্ মধূন্ বাথ সুহৃদ্দিদৃক্ষয়া।<br>
তত্রাব্দকোটিপ্রতিমঃ ক্ষণো ভবেদ্<br>
রবিং বিনাক্ষ্ণোরিব নস্তবাচ্যুত॥ ৯॥

### শব্দার্থ

যর্হি—মতমদুদা; অম্বুজাক্ষ—হে থম্বাল-মীৎতা-তাবা; অপসসার—লেংখিরম্মী; ভো—ওঃ; ভবান্—নহাক্না; কুরূন্—কুরুশাগৈবু; মধূন্—মধুপুরবাসীশিংবু (ব্রজভূমি মথুরাগী মীশিংবু); বা—নত্রগা; অথ—মরমদুনা; সুহৃৎ-দিদৃক্ষয়া—মরীমতাশিংবু উনীংবনা; তত্র—মফমদুদা; অব্দকোটিপ্রতিমঃ—চহী কোটিগা মান্নবা; ক্ষণঃ—মীৎকুপ অমা; ভবেৎ—ওইয়ে; রবিম্—নুমীৎ (সূর্য্য); বিনা—য়াওদবা; অক্ষ্ণোঃ—মীৎকী; ইব—গুম্না; নঃ—ঐখোয়গী; তব—নহাক্কী; অচ্যুত—হে লেংঙদবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে থম্বামীৎতা-পান্‌বা ইবুংঙো, নঙনা নয়ি-নতা অমদি নমূপ-নপাঙ উনগে হায়দুনা মথুরা, বৃন্দাবন অমদি হস্তিনাপুরদা চৎথিবদা নহাক লৈতবগী মীৎকুপ খুদিংদো চহীকোটিগা মান্না থোকখি ঐঙোন্দা। হে লেংঙদবা; মতমদুদা নুমীৎ (সূর্য্য) থোক্তবদগী মীৎ-মঙ্গগা পাংথক ওইখি ঐখোয়গী।

## মৈনরোল

ঈশ্বর লৈ লৈতেগী চাং য়েংবদা ঐখোয়গী প্রাকৃত ইন্দ্রিয়শিংনা ঙম্মী হায়না নাপন তৌবা শাই। অদুবু ঐখোয়গী ইন্দ্রিয়শিংদি মরম্লাই-লেপচবা ঙম্বা নত্তে। ফীভম খরগী মখাদদা ইন্দ্রিয়শিংনা থবক তৌবা ঙম্মী। খুদম ওইনা ঐখোয়গী মীৎ পন্‌বা য়াই। মুমীৎ-মঙালদা লৈরিবমখে ঐখোয়গী মীৎ অসি খরগী মখে কান্নবা পোত্তা ওই। অদুবু মুমীৎ মঙাল লৈত্রবদি মীৎশিংসে করিমতা কান্নদে। ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণদি আদি-অনাদি প্রভু অমদি পরম-সত্য ওইবা মরম্না মাবু মুমীৎকা চাংদম্নবা য়াই। মহাকপু য়াওত্রবদি ঐখোয়গী জ্ঞান-দি ওইদবা নত্রগা মপুঙ-ফাদবা জ্ঞান জাৎতুনি। মুমীৎকী ওন্ন-তৈনবা পোৎতি অমম্বনি, মতৌ অদুগুম্না কৃষ্ণগী ওন্নতৈনবা পোৎতি মায়ানি। ভগবান্ কৃষ্ণনা শব্দোরকপা মঙাল মতুঙ ইন্না মাগী ভক্তশিংগী মীৎয়েং ওইদুনা পোৎ খুদিংমকপু উই। ভগবান্ কৃপানা শুদ্ধ ভক্তদি অজ্ঞান (খঙদবা) কৌবা অমম্বদা লৈত্তে। মরমদুনা, কৃষ্ণতবু মতম পুম্নমক্তা ঐখোয়না উদুনা লৈবা তাবনি, মদু ওইরবদি ঐখোয় ঈশা-ইশাবুসু অদুগা শক্তি মখোয়া থন্নবা ভগবানবুসু ঐখোয়না উবা ফংগনি। মুমীৎ থোক্তবা মতমদা ঐখোয়না করিমতা উবা ফংদবগুম ভগবানবু য়াওত্রবদি ঐখোয়না ঐখোয় ইশাকাওবু য়াওনা করিমতা উবা ফংলোই। মহাকপু য়াওত্রবদি ঐখোয়গী জ্ঞান পুম্বা মায়ানা কুপ্নী।

## শ্লোক ১০

**কথং বয়ং নাথ চিরোষিতে ত্বয়ি প্রসন্নদৃষ্ট্যাখিলতাপশোষণম্।**
**জীবেম তে সুন্দরহাসশোভিতমপশ্যমানা বদনং মনোহরম্।**
**ইতি চোদীরিতা বাচঃ প্রজানাং ভক্তবৎসলঃ।**
**শৃণ্বানোঽনুগ্রহং দৃষ্ট্যা বিতন্বন্ প্রাবিশৎ পুরম্॥ ১০॥**

## শব্দার্থ

কথং—করম্না; বয়ম্—ঐখোয়; নাথ—হে প্রভু; চিরোষিতে—অয়াম্বা মতমদা লংথৈদা লৈবনা, ত্বয়ি—নহাক্না; প্রসন্ন—হন্নাওবা; দৃষ্ট্যা—মীৎয়েংনা; অখিল—অপুম্বা; তাপ—মৈচাক; শোষণম্—কংশনহনবা; জীবেম—হিংবা ঙমগনি; তে—নহাকী; সুন্দর—ফজবা; হাস—মনোক্না; শোভিতম্—লৈতেংলবা; অপশ্যমানা—উবা ফংত্রবা; বদনম্—মায়খোঙ; মনোহরম্—পুক্নীংচুবা; ইতি—অসুম্না, চ—অমসুং; উদীরিতা—তাওলকপা; বাচঃ—ৱাহৈনা; প্রজানাং—প্রজাশিংগী; ভক্তবৎসলঃ—ভক্তবু মচাগুম্না নুংশিহৈবা মহাক্না; শৃণ্বান্—নাকোঙনা তারগা; অনুগ্রহম্—অচানবা; দৃষ্ট্যা—মীৎয়েংনা; বিতন্বন্—য়েন্দুনা; প্রাবিশৎ—চঙখি; পুরম্—দ্বারকাপুরীদা।

## মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে প্রভু, নহাক্না মতম পুম্বা লংথৈদা লৈরবদি ঐখোয়না ঐখোয়গী অবা-মৈচাকপু কোকহন্‌ঙম্বা মনোক ফজবনা লৈতেংলবা পুক্নীংচুবা মায়খোঙ নঙগীদো উবা ফংদে। করম্না ঐখোয় নহাক লৈত্রবদা হিংবা ঙমগনি?

প্রজাশিংগী ৱাহৈ নাকোঙনা তারগা ভক্তচানবা শ্রীকৃষ্ণনা মাগী মীৎয়েং চানবীবা উৎলদুনা দ্বারকাপুরীদা লেঙশনখি।

### নৈনরোল

শ্রীকৃষ্ণগী মীৎয়েংনা চিংথগী পাঞ্জল কয়ামুক কনবগে হায়ববু মহাকী মীৎয়েং তাগ্রবা মীহুনা মাবু কান্নবদি খাঙবা ঙমজদে। মসি করিগীনো? মরমদি মুমীৎকী মঙালগা মুমীৎকা মতম পুম্বদা মরী লৈনবগুম ঐখোয় লোইনমক্কা শ্রীকৃষ্ণগা ভৎনবা য়াদবা নিত্য সম্বন্ধ অমা লৈ। মুমিৎকী মঙাল মশেকশিংসি মুমীৎকী কৃপ্পবা শক্তক ওাক্লি। মতৌ অসুম ওইবনা মুমীৎকা মুমীৎ মঙানগা তোঙান্ তাহনবা য়াদে। নোং মঙবনা তোখায় ঙাহনবদো মতম ঙাইহাক্কীনি অহুগা তোখায়বহু অওইবসু নত্তে। মঙলম্বা নোংহুনা হেক হাইদোকথিবগা মখোয়গী মঙাল মশেক অহুনা মুমীৎকী মমাঙদা পুঙলঙ লংনা উবা ফংঙী। মতৌ অহুগুম্না, জীবাত্মাশিংসু আত্মা মপুঙগী অকুপ্পা শক্তক ওাক্লি, মখোয়বু মায়ানা ভগবান্দগী তোখাইহনবনি। মায়াগী য়ুখলসি লৌখোকপা তাঈ; অহুম্না লৈত্রবদা জীবাত্মানা ভগবান্‌বু মায়য়োক্লনা উবা ফংগনি অহুগা খুদক্তা মহাক্কী অরাবা পুম্নমক কোকনি। ঐখোয় খুদিংমক অবা মৈচাক কোকহনবা পাম্মী, অহুবু করম্না কোকহনগদগে হায়বহুদি ঐখোয় খঙদে। মহুগী উপায়দি মকমসিদা পীরি, মহু লৌশনবা ওম্বা ঙমদবগী বাদি ঐখোয় ঐখোয়দা লৈরে।

### শ্লোক ১১

**মধুভোজদশার্হার্হকুকুরান্ধকবৃষ্ণিভিঃ।**
**আত্মতুল্যবলৈর্গুপ্তাং নাগৈর্ভোগবতীমিব ॥ ১১ ॥**

### শব্দার্থ

মধু—মধু; ভোজ—ভোজ; দশার্হ—দশার্হ; অর্হ—অর্হ; কুকুর—কুকুর; অন্ধক - অন্ধক; বৃষ্ণিভিঃ—বৃষ্ণিগী ধারাশিংনা; আত্ম-তুল্য—মহাক মশাগুম্না ফবা; বলৈঃ—পাঙ্গল্না; গুপ্তম্—ঙাকশেনবা; নাগৈঃ—নাগশিংনা; ভোগ-বতীম্—নাগলোকগী কোম্মুং; ইব—গুম্না।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নাগলোকগী কোম্মুং ভোগবতীবু নাগশিংনা ঙাকশেনবগুম্না শ্রীকৃষ্ণ মশামক্কা মান্ননা মপাঙ্গল কল্লবা বৃষ্ণিগী ধারাশিংনা হায়নবদি মধু, ভোজ, দশার্হ, অর্হ, কুকুর, অন্ধক-নচিংবনা দ্বারকাবু ঙাকশেল্লম্মী।

### নৈনরোল

নাগলোক কৌবা উপগ্রহহু পৃথিবী উপগ্রহগী মথাদা লৈ। মকমতুদা মুমীৎকী মঙাল য়োদে হায়না হায়। লোক অহুগী অমম্বহু নাগশিংগী (লাইওরবা লিলশিংগী) মকোক্তা থেংলম্বা মণিশিংগী মঙান্না কোকহল্লি; অহুগা নাগলোকশিংদা ফজ-ফজরবা হৈকোন লৈকোন, ভুরেন-নচিংবা নাগশিংদা মুংঙাইবা পীনবগী লৈ হায়। শ্লোকসিদসু নাগশিংনা মখোয়গী লমদমু ফজনা ঙাক শেল্লি হায়বসু তাকই। মতৌ অহুগুম্না ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগা মান্ননা কল্লবা বৃষ্ণিগী মচামঙশিংনা দ্বারকাপুরীবু ঙাকশেল্লী। মখোয়বু শ্রীকৃষ্ণগা মান্ননা পাঙ্গল কনবা হায়রিবসে শ্রীকৃষ্ণনা পৃথিবীদা উৎলম্বা পাঙ্গলহুগদা মখোয়গী পাঙ্গলগা মান্নৈ হায়বনি।

### শ্লোক ১২

**সর্বর্তুসর্ববিভবপুণ্যবৃক্ষলতাশ্রমৈঃ।**
**উদ্যানোপবনারামৈর্বৃতপদ্মাকরশ্রিয়ম্ ॥ ১২ ॥**

## শব্দার্থ

সর্ব্ব—লোইনমক; ঋতু—ঋতু; সর্ব্ব—পুন্নমক; বিভব—লন্; পুণ্য—পুণ্য, অকবা; বৃক্ষ—উপান্বী; লতা—উরী; আশ্রমৈঃ—আশ্রমশিংগা; উদ্যান্—হৈকোন; উপবন—লৈকোন; আরামৈঃ—শান্নবুঙনা; বৃত—কোয়শল্লবা; পদ্ম-আকর—থম্বাল-শাংকম্না; শ্রিয়ম্—ফজহল্লিবা।

## মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

দ্বারকাপুরীদি ঋতু পুন্নমকী ময়ন্না থন্না লৈবনি। মফমচু আশ্রম, হৈকোন লৈকোন, শান্নবুঙ অমদি থম্বাল-শাংকম পাং-পুথ্রীনা থল্লমী।

## নৈনরোল

মীওইবগী সভ্যতানা মপুঙ ফাবা হায়বচুদি প্রকৃতিনা কুৰিবা পোৎলম্‌দু মখোয় মখোয়গী মতৌ মওঙ তুংইন্না শীজিন্নরগদা ওইগদবনি। দ্বারকাপুরীগী বৈভব বর্ণনা তৌরকপদা ঐখোয়না থেংনরিবা অসিনি, মচুদি দ্বারকাসি হৈকোন-লৈকোন্না অচুগা থম্বাল-শাংকম পুথ্রী অমদি পাংনা ইকোয় কোয়না লৈবা লমদমনি। হৌজিককালগী নগরশিংগী চঙদবা য়াদবা পোৎলমগুম্না লৈরিবা মিল-ফেক্টরি অমদি শাহাংশঙ-নচিংবসিগী য়া পন্দে। প্রকৃতিনা পীবা পোৎলম শীজননীংবা হায়বচুদি হৌজিককালগী সভ্যলোকগী থম্মোইদগী মপান্না। আধুনিক সভ্যতাগী লুচিংবশিংনা মহৌশাগী মথন্তা ফজনা লৈজবা হৈকোন লৈকোন অমদি ঈতুঙকম্না ফজহল্লিবা লমদমদা ময়ুম মকৈ শাদুনা লৈন-বগীদমক থন্দুনা থিনৈ। অচুগা শান্নবুঙ অমদি হৈকোন-লৈকোন-লৈতবা য়াম্না চিন্না মী-তাবা লমদা মীচমশিংবু লৈহল্লী। অচুগা নৈনরিবা শ্লোকসিদদি দ্বারকা পুরীসি অচুগা থেন্ননা লৈরম্বা ওইনা থেংনরি। ধাম পুম্বচু হায়বদি মী তারিবা মফমচু হৈকোন-লৈকোন অমদি থম্বাল-শাংপা পুথ্রীনা ইকোয় কোয়শল্লি হায়বসি খঙলে। অচুগা প্রজাশিংনা প্রকৃতিনা পীবা হৈরাং লৈরাংনা হিংনবা তৌই, খুৎশা হৈবগী লল্লোন-ইতিকী থবক পায়তুনা অমোৎপা য়ুমকৈদা চগূঙননা লৈনবা তৌদে। সভ্যতাগী খোঙথাংদি মীওইবগী পুকচেল পীকথহন্নবা মিল কারখানা য়ামথংহন্নবগী মতৃঙ ইন্দে, মচুগী মচুক্তা মীওইবগী আধ্যাত্মিক ওইবা মায়কৈগী মীৎয়েংদা চাওখৎপা অচুগা ভগবানগী নাক্তা হয়া চৎনবা তাঙা পীবা খোঙথাঙচুনা সভ্যতাগী অওইবা খোঙথাঙনি। মিল কারখানা চাওখৎপা হায়বা থবক্তুদি 'উগ্রকর্ম্ম' (অয়াকপা থবক) কৌই। অসিগুম্বা থবক ময়াম্না মীওইবগী ফজ-ফজরবা পুকচেল থিবিক্তুগী ময়েং তাথহল্লী অচুগা সমাজবু অসুরশিংগী মকোন ওইহল্লী।

নৈনরিবা শ্লোকসিদা ঋতু ঋতুগী হৈ-লৈ-পোকপী অকবা পাম্বীগী য়া য়াওবসু ঐখোয়না থেংনরি। কত্তবা পাম্বীশিংদি করিসু কান্নত্রবা জজল ভাক্তি, মখোয়দি মৈ-থানবা শীঙ ভাক্তি। আধুনিক সভ্যতাগীদি অসিগুম্বা কান্নদবা পাম্বীঙাক লম্বী মতাইদা থানরি। মীওইবগী মপাঙ্গল্দি পরমার্থগী মায়কৈদা পুকচেল চেনবা ওন্নবা থবক্তা শীজন্নগদবনি; মচুম তৌরগদা পুক্সী লেনবগী অচুম্বা মওং ওইগদবনি। মীওইবগী হকচাঙগী মচি কাহন্নবা মরমগী চঙদবা য়াদবা পোৎতি হৈ-লৈ, ফজরবা লৈকোন, পোখাকম, ভাসু কাঙঙগী শান্নকম ওইবা পুথ্রীনচিংবা অচুগা শজোম, মাখন পীঙর্গী শনবী অসিনচিংবনি। মসি নত্রগদি, খোং, কারখানাশিংনা থবক তুবা মীগী (মজুরগী) কাঙবুদা অসুরগী পুকচেল চেলহল্লি। লন্নাই কান্নবতা থিবা পুকচেল্লা মজুরশিংগী মাঙহল্লগদা চাওখৎলকই; মচুগী কল ওইনা কাঙবু মশেল শাথি শাথিবা মওংদা থেজাইনরি। অসিদা বর্ণন তৌরিবা দ্বারকাধামগী মতৌসি মীওইবগী সভ্যতা পান্দনঙাই হায়বচু চপ চানা ওইরম্বনি।

শ্লোক ১৩

**গোপুরদ্বারমার্গেষু কৃতকৌতুকতোরণম্।**
**চিত্রধ্বজপতাকাগ্রৈরন্তঃ প্রতিহতাতপাম্ ॥ ১৩ ॥**

শব্দার্থ

গোপুর—নগর চঙকম থোঙ; দ্বার—য়ুমগী থোঙ; মার্গেষু—তোঙান তোঙানবা লম্বীশিংদা; কৃত—তৌরিবা; কৌতুক—কুমৈ-উৎসবকীদমক; তোরণম্—কালো-কোনবা অহুগা লৈতেংলবা থোঙ (হৌজিকালগী লম্বীদা শাবা গেট); চিত্র—লাইয়েকপা; ধ্বজ—ফীরান্; পতাকা-অগ্রৈঃ—জয় ওইনবগী মন্ত্র য়েকপা ফিগী মতোয়া; অন্তঃ—মনুঙদা; প্রতিহতা—থংলম্মী; তপাম্—মুংশা মঙাল।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

দ্বারকাপুর চঙকম থোঙ, য়ুম য়ুমগী থোঙ ময়াম, অহুগা লম্বীদা শাবা লৈতেংলবা কালো-কোনবা থোঙশিংহু হরাও কুম্মৈগী (উৎসবকী) থুদম ওইনা লফু অমদি হৈনৌ মনানা কজনা লৈতেংলম্মী ভগবান্বু ওকনবা হায়দুনা। ফীরান্শিং, লৈপথোং ময়াম অমম্বং অয়েকপা থুদমশিং অহুগা জয় মন্ত্র য়েকপা ফি (শ্লোগান্ য়েকপা ফি) ময়ামদুনা মুংশা মঙাল লাকপহু থিংলম্মী।

নৈনরোল

থোইদোকপা কুমৈ-উৎসব থোকপদা লৈতেংগী থুদম ওইনবা পোৎচৈশিংদুসু প্রকৃতিদগী লৌরম্মী, মথোয়দুদি লফু-পাম্বী, হৈনৌপাম্বী, হৈ-লৈ অসিনি। হৈনৌ পাম্বী, য়ুবী মনা, অমদি লফু পাম্বীবু হৌজিকসু মঙ্গলগী থুদম্নি হায়না লৌনরি। মথক্তা পল্লিবা ফীরানশিংসে ভগবান্গী মনাই গরুড় নত্রগা হনুমান য়েকপা ঙাক্লি। ভক্তশিংনা অসিগুম্বা লাইয়েক অমদি লৈতেংশিংবু হৌজিকসু লুনা তৌনৈ, মপুবু সেবা-তৌরিবা মনাইবু ভগবান্না পেন্নবা হায়দুনা হেন্না লুনা তৌনৈ।

শ্লোক ১৪

**সম্মার্জিত মহামার্গরথ্যাপণকচত্বরাম্।**
**সিক্তাং গন্ধজলৈরুপ্তাং ফলপুষ্পাক্ষতাঙ্কুরৈঃ ॥ ১৪ ॥**

শব্দার্থ

সম্মার্জিত—বাইশীৎ-বাইশেং মপুঙফানা তৌরবা; মহামার্গ—লমজাও-সোড়োক; রথ্যা—লৈরক কোম্লাং; আপণক—দোকান; চত্বরাম্—য়াকাবুং; সিক্তাম্—চোৎলবা; গন্ধজলৈঃ—মনমগী ঈশীংনা; উপ্তাম্—চাইরবা; ফল—উহৈ; পুষ্প—লৈ; অক্ষত—ভকথায়দবা; অঙ্কুরৈঃ—মন্নৌ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

লমজাও-সোড়োক, লৈরক-কোম্লাং, কৈথেল অমদি ময়াম্নসী য়াকাবুংশিং (চবুতরা) লোইনমক কজনা বাই-শীৎলগা মনম মুংশিবা ঈশীংনা চোৎখ্রম্মী। ভগবান্বু ওকনবা হায়দুনা হৈ লৈ অহুগা ভকথায়দবা মরু-মন্নাও মথম 'থুদিংদা' চাইখোল্লম্মী।

নৈনরোল

গোলাপ অমদি কেতুকীশুম্বা লৈ-দগী লৌবা থাওনা মনম মুংশিহল্লবা ঈশীং খোমজল্লগা দ্বারকাধামদা লৈরম্বা লম্বী-সোড়োক-লৈরক-কোল্লাং পূম্নমক চাইরম্মী। কৈথেল অমদি য়াকাবুঙ য়াওনা অসিগুম্বা মক্ষম পূম্নমক ফজনা শীৎ-নাম্না শেংদোক্লুনা থমখি। হায়রিবসিনা ভাকপদি দ্বারকাধাম নগরদু লম্বী-সোড়োক শাংলবা ওাক্লা থন্বা অদুগা ময়ামগী য়াকাবুঙ, লৈকোন অমদি ঈশীং তুঙশন্কম কয়াগা কোম্নবা মীতিনফম্না থল্লবা অচৌবা নগর অমনি। মীতিন্নকম পুঙশিংদু হৈরাং-লৈরাংনা ফজনা লৈতেংলম্মী। ভগবান্বু ওক্লনবা হায়দুনা মীতিন্কম খুদিংদা হৈ-লৈ অদুগা চেঙ-থোয়দীংনচিংবা মন্ত্র মপূম মপূম ওইনা চাইদুনা থমখি। তকথায়ত্রিবা মঙ্গমরাওদি মঙ্গলগী মশক্তি হায়নৈ। হৌজিকসু হিন্দুশিংনা উৎসব-পর্ব্বদিন থোকপদা পোৎচৈশিংসে শীজন্নরি।

শ্লোক ১৫

**দ্বারি দ্বারি গৃহাণাং চ দধ্যক্ষতফলেক্ষুভিঃ।**
**অলঙ্কৃতাং পূর্ণকুম্ভৈর্বলিভির্ধূপদীপকৈঃ॥ ১৫॥**

শব্দার্থ

দ্বারি দ্বারি—থোঙ থোঙদা; গৃহাণাম্—য়ুমশিংগী; চ—অমসুং; দধি—শঙ্গোম্ফম্বা; অক্ষত—থায়দোক্তবা; ফল—উহৈ; ইক্ষুভিঃ—চু-পাম্বীনা; অলঙ্কৃতাম্—লৈতেংলম্বা; পূর্ণকুম্ভৈঃ—থল্লবা ঈশীং-পুন; বলিভিঃ—অকৎপোৎ কয়াগা লোয়ননা; ধূপ—ধূপ (মেক্রুক); দীপকৈঃ—থাওমৈগা লোয়ননা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

য়ুমশিংগী থোঙজীন্-থোঙজীন্দু শঙ্গোম-ফম্বা, থোক-থায়দবা উহৈ অদুগা চুশাংনা লৈতেংলম্মী; মদুদা ঈশীং-পুন অথন্বা ধূপ-থাওমৈ অমদি অকৎপোৎ কয়া থেন্দুনা থম্মী।

নৈনরোল

বেদ-বিধি মতুঙ ইন্না মী-ওকপগী থবক্তি মরেক-মহাও য়াওদবা নত্তে। লম্বী-সোড়োকতমক লৈতেং তৌরগা ইচম চম্বা মওংদা মী ওকপগী থবক ওইরমদে, ভগবান্বু ঙমজ-ঙমজবা পোৎচঙ কয়ামুক্না লোয়ননা হায়বদি ধূপ-থাওমৈ, হৈ-লৈ, অথুম্বা অচাপোৎ, অমদি অচা-অথক অতৈগা লোয়ননা পূজা তৌদুনা ওক্লম্মী। পোৎ-চৈ পূম্নমক ভগবান্দা কৎলগা প্রসাদ অদু তিল্লম্লিবা প্রজাশিংদা য়েন্থোক্লম্মী। অদুনা ভগবান্বু ওক্লম্বদু হৌজিকালগী ঈকং কংবা মওংদা নৎলমদে। মতৌ অসুম্না য়ুমথোঙ খুদিংনা ভগবান্বু ওক্লবা থৌরাংথি অদুগা ভগবান্দা কৎপা পোৎকী অরেম্বা প্রসাদ অদু য়ুমথোঙ খুদিংনা ময়ামদা য়েন্নী। মতৌ অসুম তৌবনা উৎসব অদু মতোল লোমখি। অচা-পোৎ য়েন্বা য়াওজ্রবদি করিগুম্বা উৎসব অমতা মপুঙ ফাদে, মদুনি বৈদিক কৃষ্টিদি।

শ্লোক ১৬-১৭

**নিশম্য প্রেষ্ঠমায়ান্তং বসুদেবো মহামনাঃ।**
**অক্রূরশ্চোগ্রসেনশ্চ রামশ্চাদ্ভুতবিক্রমঃ॥ ১৬॥**
**প্রদ্যুম্নশ্চারুদেষ্ণশ্চ সাম্বো জাম্ববতীসুতঃ।**
**প্রহর্ষবেগোচ্ছশিত শয়নাসনভোজনাঃ॥ ১৭॥**

### শব্দার্থ

নিশম্য—নাকোঙনা তাদুনা; প্রেষ্ঠম্—মুংশিথোইবা; আয়ান্তম্—লাক্লবদু; বসুদেবঃ—বসুদেব (কৃষ্ণগী পম্বৌ); মহামনাঃ—পুকচেল-চাউবা; অক্রূরঃ—অক্রূর; চ—অমসুং; উগ্রসেনঃ—উগ্রসেন; রামঃ—বলরাম (কৃষ্ণগী ময়াম্বুং); চ—অমসুং; অদ্ভুতবিক্রম—অঙকপা থৌনা-না মাগী ওইবা; প্রদ্যুম্নঃ—প্রদ্যুম্ন; চারুদেষ্ণঃ—চারুদেষ্ণ; চ—অমসুং; সাম্বঃ—সাম্ব; জাম্ববতীসুতঃ—জাম্ববতীগী মচামুপাঃ প্রহর্ষ—য়োঁনা হরাওবা; বেগ—শাকু; উচ্ছশিত—লাকথুরবা; শয়ন—হিপ্না; আসন—ফম্বা; ভোজনাঃ—চাবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মুংশিথোইবা কৃষ্ণনা দ্বারকাধাম নকৃশল্লক্লে হায়বদু মনাকোঙনা তারগা পুকচেল-চাওবা বসুদেব, অক্রূর, উগ্রসেন, বলরাম (অঙক-ফংনা পাঙ্গলবা), প্রদ্যুম্ন, চারুদেষ্ণ অমসুং জাম্ববতীনা পোকপা সাম্ব—লোইনমক হরাওমন্‌থিবনা হিপ্তুনা পোথাগনি, ফমগনি অমদি চাগনি থক্লনি হায়বা পুম্বা থাদোকখিরম্মী।

### নৈনরোল

বসুদেব—শূরসেন নিংথৌনা পোকপা, দেবকীগী মপুরোইবা, অদুগা ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী অপোকপা পম্বৌনি। মহাক কুন্তীগী মবুঙনি অদুগা সুভদ্রাবুসু পোকপনি। সুভদ্রাবু মনেনা পোকপা অর্জুনদা লুহোংদুনা পীথি; মসিগুম্বা মনে মতুঙ ইন্দুনা লুহোংনবসি ভারতকী মকম থরদা হৌজিকসু তৌনরি। বসুদেববু উগ্রসেনগী মন্ত্রী ওইহল্লম্মী। মতুঙদা বসুদেবনা উগ্রসেনগী মনাওমুপা দেবকনা পোকপা মচামুপী নিপানবু লুহোংদুনা লৌখি। দেবকী মখোয়সিগী মরক্তা অমনি। কংস বসুদেবগী মবাইনি। বসুদেবনা বন্দী ওইনা লৈরগা মাগী পোক্লকপা নিপান-শুবা মচামুপাবু মবাই কংসদা পীগে হায়না কংসগা য়ানখি। অদুবু রাকমর্সি কৃষ্ণগী ইচ্ছানা অরেম্বা তাখি। পাণ্ডব-শিংগী মমাগা পোকমিন্নবা মামা ওইবনা মহাক পাণ্ডবশিংগী শেংদোক্লবা সংস্কারদা অকন্‌বা শরুক য়াখি। মহাক্লা সংশৃঙ্গ পর্ব্বত-তা কাশ্যপ পুরোহিতপু কৌহল্লুই অদুগা মহাক্লা ক্রিয়াদু পাঙথোকখি। কৃষ্ণনা কংসগী কৈশুম-শঙদা পোক্লবা মতমদা বসুদেবনা ভগবান্‌বু গোকুলদা অয়োকপা মপাবুঙ নন্দ মহারাজগী শঙ্গায়দা থম্‌ূই। বসুদেববু মাঙ থানা কৃষ্ণনা বলরামগা লোয়ননা থ্‌ূপখি অদুগা বসুদেবগী মমাক খোকপা অর্জুন-না বসুদেবনা থুপপ্রবদা ক্রিয়া থাংখি।

অক্রূর—বৃষ্ণিবংশগী বড়সেনাপতিনি অদুগা ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী মহাভক্ত অমনি। যন্দনা কৌবা ভক্তি-অঙ্গ অদুতনা অক্রূর ভক্তিগী লম্বীদা সিদ্ধি ফংখিবনি। মহাক অদুকগী মচামুপী সুতনীগী মপুরোইবনি। শ্রীকৃষ্ণগী ইচ্ছাদগী অর্জুন-না সুভদ্রাবু হুরানবা মতমদা অক্রূরনা মতেঙ পাঙখি। অর্জুন-না সুভদ্রাবু হুদুনা পুখিবা ওম্নবা তুংদা কৃষ্ণ অক্রূর অনীমক অর্জুনবু উনবা চৎলম্মী। মখোয় অনীনা থৌদোক্লুগী মতুঙদা অর্জুন-দা অউনপোৎ কুজখি। অক্রূরদি সুভদ্রাগী মচামুপা অভিমন্যুগা পরীক্ষিৎ মহারাজগী মমা উত্তরাগা লুহোংবদসু য়াওখি। মকুবোক অদুকগা অক্রূরগা ভাব চানরমদে। অদুম ওইরবসু মখোয় অনীমক ভগবান্‌গী ভক্ত ওক্লি।

উগ্রসেন—বৃষ্ণিবংশগী খুৎকল-পাঙ্গনবা নিংথৌ অমনি অদুগা মহারাজ কুন্তীভোজগী মচীন্ননাও থোকই। মহাক্কী অতোপ্পা মিংদি অহুক কৌই। মহাক্কী মন্ত্রীনা বসুদেবনি অদুগা মচানুপা খুৎকল পাঙ্গনবা কংসনি। কংস হায়বসিনা মপাবু কৈশুমশঙদা থম্লগা মথুরাগী নিংথৌ ওইখি। ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণ অমসুং ময়ামুং বলদেবগগী কুপানা কংসবু হাৎলগা উগ্রসেনবু সিংহাসনদা থাঙৎখি। শাথ-না দ্বারকাপুরীদা লান্দায়সবা মতমদা উগ্রসেন্না থৌনা ফনা লাম্বেংনহুনা য়েন্নখবু তাম্বোকখি। উগ্রসেন্না শ্রীকৃষ্ণসি লাইরা হায়বহু নারদ মুনিদা হংখি'। যদু বংশ মাঙহন্নমদাইদা সাক্ষী গর্ভদগী থোকখিবা য়োং মতুম অদু উগ্রসেনদা শিন্নখি। মহাক্না য়োং মতুম অদু মচেং মচেং তানা ককথৎখি' অদুগা পুল্লপ তোৎশন্নরগা দ্বারকা মপান্দা সমুদ্রগী ঈশীংগা তোৎশন্নখি। মদুগী তুংদা দ্বারকাপুরদা অমসুং মহাক্কী রাজ্যদা য়ু থকপা পুংথিং থিংখি। মহাক শিন্নগা মুক্তি ফংখি।

বলদেব—মহাক রোহিণীনা পোকপা বসুদেবগী মচানুপা লাইপোক্নি। মহাক রোহিণী-নন্দন হায়বদি রোহিণীগী মচানুপা হায়নসু শঙনৈ। কংসগা হায়নবা মতুঙ ইন্না কৈশুমশঙদা বসুদেবনা লৈরবা মতমদা বলদেববু মমাবেন্মা রোহিণীগা লোইননা নন্দ মহারাজগী খুৎতা শিন্নখি। মরমসিনা নন্দ মহারাজ কৃষ্ণ বলদেব অনীগী অয়োকপা মপানি। ভগবান্ কৃষ্ণগা ভগবান্ বলদেবগা অনীমক মমা তিন্নদবা মচিন্ননাও ওইরবসু পিশক পিক্লিঙৈদগী মতম পুম্বদা লোয়নহুনা লৈরম্মী। বলদেব পরমেশ্বর ভগবান্গী বিলাস হায়বা শকথোঙ অমনি, অদুনা মহাক্না ভগবান্ কৃষ্ণগা অমতনি অদুগা অনীমক শক্তি চেনবসু মান্নে। বলদেব বিষ্ণুতত্ত্বনি (হায়বদি ভগবান্নি)। মহাক শ্রীকৃষ্ণগা লোয়ননা দ্রৌপদীগী স্বয়ম্বর য়াওরম্মী। কৃষ্ণনা থৌরাংহুনা সুভদ্রাবু অর্জুন্না হুবা মতমদা বলদেবনা অর্জুনবু য়াম্না শাউখি। অদুগা মহাকপু খুদক্তা হাৎনীংঙম্মী। শ্রীকৃষ্ণনা মুংশিয়বা মঙ্গপকীদমক বলদেবগী খোঙ পায়হুনা শাউবিগমসু হায়রুখি। শ্রীবলদেব অদুদগী নেমথখি। মতৌসিংঙন্না মহাক কৌরবশিংবু য়াম্না শাউহুনা মখোয় কোম্নুং সহর পুম্নবু যমুনাগী মহুৎদা থাদগে তৌখি; অদুবু কৌরবশিংনা মখোঙ পায়হুনা চঙজবদগী মহাক শাউবা যখি। মহাক তশেংবদি দেবকীগী শ্রীকৃষ্ণগী মাঙ হেক থংনবা তরেৎশুবা মচানুপানি, অদুবু কংসগী অশাউবদগী লীৎথোক্নবা হায়হুনা ভগবান্গী ইচ্ছানা বলদেববু রোহিণীগী গর্ভদা চিংশন্দুনা হাপখিবনি। মরমসিনা মহাক্কী মমিং অতোপ্পা অমনা সঙ্কর্ষণ কৌই; সঙ্কর্ষণ'দি শ্রীবলদেবগী অংশনি। মহাক্কী মপাঙ্গল কৃষ্ণগা মান্নে অদুগা ভক্তশিংদা দিব্য শক্তি পীবা ঙম্মী হায়বগীদমক মহাকপু বলদেব কৌবনি। বেদনসু হায় মদুদি—বলদেবগী কুপা নত্তনদি কনামতনা পরমেশ্বর ভগবানবু খঙবা ঙমদে। বল-গী অর্থদি আত্ম-শক্তি হায়বনি হকচাঙগী পাঙ্গল হায়বা নত্তে। খঙলবা মীতাশিংনা বল শব্দগী অর্থবু হকচাঙগী পাঙ্গল হায়না হল্লী। হকচাঙগী পাঙ্গল লৈবনদি আত্মাবু উপলব্ধি তৌবা য়াদে। হকচাঙগী পাঙ্গল্দি হকচাঙনা লোয়বগা অদুম লোইরে, অদুগা আত্মাগী বল হায়বদুদি আত্মাগী তুং ইন্দুনা হয়েংমুক্কী মপোক কাওবা চংলী; মরমহুনা বলদেবদগী ফংবা পাঙ্গল্দি কদৌঙৈদসু ভুমদে। বল অদু নিত্যনি, মতৌ অসুম্না বলদেবনা ভক্ত পুম্নমক্কী মূল গুরুনি।

শ্রীবলদেব শ্রীকৃষ্ণগা লোয়ননা সান্দীপনি মুনিগী ছাত্র ওইনা লাইরীক তম্মিন্নখি। পিশক-পিক্লিঙৈদা মহাক শ্রীকৃষ্ণগা লোয়ননা হিংচাবা (অসুর) কয়া হাৎখি, খোইদোক হেন্দোক্না মহাক্না তালবন্দা ধেনুকাসুর হাৎখি। কুরুক্ষেত্রগী লান্দা মহাক কনামতগী মীচঙ চঙহুনা লাল য়াওরমদে। মহাক্না লাল থোক্তনবা ঙমমখৈ হোৎনখি। মহাক্না চান্নদ্বদি দুর্য্যোধন বুনি, অদুম ওইনমক মহাক লাল য়াওরমদে। দুর্য্যোধনগা ভীমসেনগা গদা-যুদ্ধ তৌনবা মতমদা বলদেব মফমদুদা লৈরম্মী।

ভীমসেন্না দুর্য্যোধনগী থৈরুদা নিয়ম কায়না গদানা থাজন্নবদা বলদেবনা অন্যায় (নিয়ম-কায়বা) খোদোংদুগীদমক লমন খুন্নীংলম্মী। ভগবান্ কৃষ্ণনা বলদেবনা শাউবদগী ভীমবু কন্‌বিখি। অদুবু মহাক খুদক্তা ভীমবু য়েংনিঙদবদগী মফমদু থাদোকখি। মহাক্না লেঙথোকপ্রবা মতুংদা দুর্য্যোধন লৈমায়থক্তা তুদুনা থবাই থাখি। অর্জ্জুনগী মচা অভিমন্যু শিরদা বলদেবনা মমাগা পোকমিন্নবা মামা ওইবনা অন্ত্যেষ্টি-ক্রিয়া তৌখি। মতমমতুদা পাণ্ডবশিংদি কনামতনা ক্রিয়াসি তৌবা ঙম্মদয়ে মরমদি মখোয় লোইনমক মথবাই মুংঙাইতবদা থুমহৎখিরম্মী। অরোইবা মতমদা মহাক্না য়াম্নুংদগী অঙৌবা মতুগী লিলখাং অমা থোকহল্লগা ইহলোক থাদোকখি, মতৌ অম্মুন্না লিনগী মওংদা শেষ-নাগনা মহাকপু পুখি।

প্রদ্যুম্ন—কামদেবগী অবতারনি, খরমনা হায়বনা সনৎকুমারগী অবতারনি; দ্বারকাদা পরমেশ্বর ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণ অমসুং প্রধান মহিষী লক্ষ্মীদেবী শ্রীমতী রুক্মিণী অনীনা পোকপনি। সুভদ্রা লুহোংবা মতমদা অর্জ্জুনদা মুংঙাইবা ফোঙদোকপা চৎলুবা মীয়ামগী মরক্তা প্রদ্যুম্নসু য়াওখি। সাম্বগা লাম্থেংনবদা য়াওরম্বা সেনাপতিশিংগী মরক্তা মহাকসু অমনি; লাল শোক্লরকপদা মহাক রাম্বদুনা লানফমদা তুরম্মী; অদুদা মাগী সারথিনা মাবু লানফমদগী লান্‌শঙ তান্না পুরকখি; মদুগীদমক মথবাই য়াম্না মুংঙাইতে, অদুনা মহাক্না সারথিবু চৈখি। অদুম ওইনমক মহাক অমূক সাম্বগা শোক্লখি অদুগা লান-ঙমখি। মহাক নারদজিগী মফমদগী দেবতাশিংগী মরমদা রারী তাখি। মহাক শ্রীকৃষ্ণগী কায়ব্যূহ মখিগী মনুংদা অহুম-শুবা অদুনি। মহাক্না মপাবুংঙো শ্রীকৃষ্ণদা ব্রাহ্মণশিংগী মতীক-মগুণগী মরমদা বা হংখি। যদু শাগৈগী মচীম্নাও হাৎনবা লান্দা মহাক বৃষ্ণিশিংগী ততোপ্পা নিংথৌ ভোজগী খুবাক্তা থবাই থাখি। শিরবা মতুংদা মহাকী হৌরকফম স্বরূপ-তা মহাকপু হঙ্গনহনখি।

চারুদেষ্ণ—শ্রীকৃষ্ণ অমসুং রুক্মিণীদেবীনা পোকপা মচানুপা অমনি। মহাক দ্রৌপদী-স্বয়ম্বরদা যাওরম্মী। মহাক মপাবুং অমসুং মচীম্নাও অতৈগুম্না অচৌবা লাম্মী অমনি। মহাক বিবিনি-ধকবু লান্দা হাৎখি।

সাম্ব—যদু-শাগৈগী মহাবীরশিংগী মরক্তা অমনি। মম্ন্য জাম্ববতীনা পোকপা শ্রীকৃষ্ণগী মচা-নুপানি। মহাক অর্জ্জুন-দগী ধনুর্বিদ্যা (তেন্‌কাপ্পা) তম্‌খি অদুগা মহারাজ যুধিষ্ঠিরনা পান্‌বা মতমদা মহাক রাজসভাগী সদস্য অমা ওইখি। মহারাজ যুধিষ্ঠিরগী রাজসূয়-যজ্ঞদা মহাক য়াওরম্মী। প্রভাস-যজ্ঞ তৌবগী বৃষ্ণি ময়াম- পুম্না তিল্লরা মতমদা সাত্যকিনা ভগবান্ বলদেবগী মমাঙদা সাম্বগী গুণ কীর্ত্তন তৌখি। মহাক মপাবুং শ্রীকৃষ্ণগা লোয়ননা যুধিষ্ঠিরগী অশ্বমেধ যজ্ঞদা য়াওখি। মচীম্নাওশিংনা মাবু মুপীগী ফিজেৎ শেৎহল্লগা ঋষি খরগী ম'ঙদা মীরোল্লবী মুপীনি হায়জন্দুনা পুশল্লম্মী। অদুদগী মহাক্না করেম্নদুনা করম্বা মচা পোক্কদৌরি হায়না হংখি। মহাক য়োং মতুম অমা পোক্কনি অদুগা মদুনা যদুবংশগী মচীম্নাও হাৎন-শুনবগী লাল থোকহনগনি হায়না ঋষিশিংনা থুমখি। মতুঙ নোংমা কোন্‌বদা অযুক্তা সাম্বনা য়োং-মতুম অমা পোকখি। মদু উগ্রসেন নিংথৌদা তৌগদবা অমা তৌননবা হায়দুনা শিন্নখি। তশেংনমক মমৈথঙদা ঋষিশিং হায়বা মচীম্নাও হাৎন-শুনবগী লাল থোকখি অদুগা সাম্বসি লান্দুদা শিখি।

মতৌ অম্মুন্না ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী মচানুপাশিংদু মখোয় মখোয়গী সংগাই-কোমুং থাদোকখি অদুগা থবক পুন্নমক করি হায়নি চাবা, কম্বা, হিপ্পা য়াওনা থাদোক্লগা মপাবুংগী নাক তান্না থুনা চৎখি।

শ্লোক ১৮

**বারণেন্দ্রং পুরস্কৃত্য ব্রাহ্মণৈঃ সসুমঙ্গলৈঃ।**
**শঙ্খতূর্য্যনিনাদেন ব্রহ্মঘোষেণ চাদৃতাঃ।**
**প্রত্যুজ্জগ্মূ রথৈর্হৃষ্টাঃ প্রণয়াগতসাধ্বসাঃ॥ ১৮॥**

শব্দার্থ

বারণ-ইন্দ্রম্—মঙ্গলগীদমক শামু য়াইশাবু; পুরস্কৃত্য— মাঙদা থম্নগা; ব্রাহ্মণৈঃ—ব্রাহ্মণশিংনা; সসুমঙ্গলৈঃ—মঙ্গলগী মশক ওইবা লৈ খুত্তা পায়দুনা; শঙ্খ-তূর্য্য— মোইবুংগা বেঙ্গুলগগী; নিনাদেন—মখোয়া; ব্রহ্মঘোষেণ—বেদ-মন্ত্র শোন্দুনা; চ— অমসুং, আদৃতাঃ—লুনা তৌরবা; প্রতি—মায়কৈদা; উজ্জগ্মূ—থুনা চংখিরম্মী; রথৈঃ—দোলাই তোংদুনা; হৃষ্টাঃ—হরাওবা; প্রণয়াগত—মুংশিবগা লোয়ননা; সাধ্বসা—সম্মান-সম্ভ্রম য়াওরবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মখোয়না দোলাই তোংলগা লৈ পায়বা ব্রাহ্মণশিংগা লোয়ননা ভগবান্‌গী মায়কৈ তম্না থুনা চঙশনখি। মখোয়গী মাঙদা মঙ্গলগী মশক ওইবা শামু য়াইশা থনম্মী। মোইবুঙগা বেঙ্গুনগা খোংলম্মী। মতৌ অসুম্না মখোয়না মুংশিবগা লোয়ননা সম্মান উৎখি।

নৈনরোল

বৈদিক নিয়মদা অচৌবা মীবু সম্বর্দ্ধনা (ওকপা) তৌবদি থুংলরিবা মীদু য়াম্না মুংশিবা অমদি সম্মানগনা থল্লবা ইরাং অমদা তৌনরম্মী। মী ওকপদা মঙ্গলগী মশক ওইবা ইরাংসি ওইহন্নবদা চঙবদি মোইবুং, ধুপ থাওমৈ, লৈ, লৈতেংলবা শামু অদুগা বেদমন্ত্র শোনবা হৈবা মতীক চায়বা ব্রাহ্মণ ময়াম অসিনি। ওকপা থোরক্লিবা অদুগা ওকফম ওইরিবা মীতা অনীমক্কী পুক শেংবনা থল্লবা মওক অদুগুম্বনি।

শ্লোক ১৯

**বারমুখ্যাশ্চ শতশো যানৈস্তদ্দর্শনোৎসুকাঃ।**
**লসংকুণ্ডলনির্ভাতকপোলবদনশ্রিয়ঃ॥ ১৯॥**

শব্দার্থ

বারমুখ্যাঃ—খ্যাইনা থঙনরবা বেশ্যাশিং; চ—অমসুং; শতশঃ—চামা চামা; যানৈঃ—রথদা; তৎ-দর্শন—মহাকপু (ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণবু) উননবা; উৎসুকাঃ—খোৱাংলবা; লসৎ—য়াল্লবা; কুণ্ডল—নাইন; নির্ভাত—লংত্রিক লংবা; কপোল—নাপ্প; বদন—মায়খোঙ; শ্রিয়ঃ—মজবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতম অদুমক্তদা ময়াম্না থঙনরবা বেশ্যা চামা চামনা রথ তোঙলগা খোৱাংলম্মী; মখোয় লোইনমক শ্রীকৃষ্ণবু দর্শন তৌনীংবনা খোৱাঙলম্মী। মখোয়গী কজবা মায়খোঙশিংদু মীৎ-থকপনাইশে লংত্রিক লংবা নাইন্না লৈতেংলম্মী, অদুগা নাইনশিংদুনা মখোয়গী মায়খোঙ নাপ্পশিংদুগী কজবা হেন্দংলম্মী।

## নৈনরোল

বেশ্যাশিংনা ভগবান্‌গী ভক্ত ওইরবদি মখোয়বু ঐখোয়না হক্লোইদবা য়াই। হৌজিকস্তু ভারতবর্ষগী অচৌবা সহরশিংদা হুদি শেংনা ভগবান্‌গী ভক্ত ওইবী বেশ্যা য়াম্না লৈ। তাঙ্গা অমদগী কনাগুম্বা অমনা সমাজনা পাম্‌দবা থবক-শিল্লম অমা পায়বা তারবস্তু মতুনা ভগবান্ ভক্তি-সেবা তৌবদা করিমতা কায়বা লৈতে। ভগবান্‌গী মফমদা ভক্তি তৌবদি ফীভম পুন্নমক্তা থিংবা ঙমদে। চহী লীশীং মঙারোমগী মমাঙ অতুরাইদস্তু শ্রীকৃষ্ণনা লৈরম্বা দ্বারকাপুরীগুম্বা নগরশিংদস্তু বেশ্যা লৈরম্মী হায়বতু শ্লোকসিদগী খঙবা ঙম্মী। মসিনা তাকপদি সমাজ-সুরক্ষা-গীদমক বেশ্যাশিংস্তু ভঙাইফদবা নাগরিকনি হায়বা অসিনি। সরকারনা য়ুগী দোকান হাংঙী, অতুবু মসি সরকারনা য়ু থকপবু থৌগৎনবগীদমক তৌবা নত্তে। ময়াম্না খল্লিবা বাদি অসিনি মতুদি—শেল তিংগে হায়বমখৈ তিংলবস্তু য়ু থক্তবা য়াদে হায়বা মীতা খরা লৈ। সহর অচৌ অচৌবদা য়ু থকপা পুংথিং থিংবনা আইন কায়না য়ু লোয়্না পুশল্লকপতুম থৌগৎপা ওইনা থোকয়ি। মতৌ অতুগুম্না, ময়ুমদা পেন্দবা মীনা বেশ্যা ভোগ তৌদবা য়াদে। করিগুম্বা বেশ্যা হায়বসি খুল্লিংতুনা লৈত্রগদি পুকচেল-পীকপা মীতাশিংসিনা মুপী অমবু অমবুস্তু বেশ্যা ওইহন্নবা থৌরাংগনি। অতুনা সমাজগী পবিত্রতা ঙাক্তে নীংলবদি কৈথেন্দা বেশ্যা থেন্দুনা ফংহন্‌বনা হেন্না ফৈ। সমাজগী মনুঙদা বেশ্যাগী থবক থৌগৎতৌবগী শরুকপুদি বেশ্যা খুৎপু অমা লিংতুনা থম্বনা হেন্না ফৈ। তশেংবা সমাজ-সংস্কার তৌবা হায়বতুদি মী পুন্নমকপু ভগবান্‌গী ভক্ত ওইননবগী জ্ঞান পীবিবনা ওইগদবনি। মতুতনা পুন্সিগী লৈখা তারক্লবগী মরম পুন্নমক থিংবা য়াগনি।

বিষ্ণুস্বামী বৈষ্ণব সম্প্রদায়গী মহান্ আচার্য্য অমা ওইরম্বা শ্রীবিল্বমঙ্গল ঠাকুরনা গৃহস্থ ওইরিঙৈদা ভগবান্‌গীদি ভক্ত ওইবী বেশ্যা অমদা মহাক্কী মথরাই লুপখিরম্মী। অহিং অমা ঠাকুরনা বেশ্যা চিন্তামণিগী ময়ুমদা লাকপা মতমদা ঠাকুরনা নোংনা ফুজ্রিৎ-ফুবমখৈ চুরিবা মতৌদা ঈথক্লা ইপোম্নবা হৌরবা তুরেল লাল্লগা কিনঙাই ওইবা অহিংতুদা করম্না লাক্লিবনো খল্লুবদা চিন্তামণি ঙকখি। মহাক্না ঠাকুর বিল্বমঙ্গলদা হায়খি—মাগুম্বী করিস্তু লৈত্রবী মীচম মুপী অমগী শদুম-শয়াংদা থিংজল্লিবা মথম্মোইতু ভগবান্‌গী দিব্য রূপ অতু ঊবা ফংননবা ভগবান্‌গী সেবাদা লুপ-হল্লবদি মতু অচুম্বা মওংদা লুপ্লা কোরে। চিন্তামণিগী ৱাহৈসি তাবা পুঙফমদো ঠাকুরগী য়াম্না বাল্লবা পুঙফম অমা ওইখি; বেশ্যা অমগী ৱাহৈনা আত্মা উপলব্ধিগী মায়কৈ পাংবা হৌখি। কোন্থংদা ঠাকুরনা বেশ্যাতুবু মাগী গুরু ওইনা লৌখি, অতুগা মহাক্না লেংলম্বা লাইরীক কয়াগী মফম মফমদা মঙোন্দা অচুম্বা লম্বী তাকপিরম্বা চিন্তামণিগী মমিং থাঙ্গৎলম্মী।

ভগবদগীতাদা (৯/৩২) ভগবান্না হায়, "হে পার্থ, জাৎ-তোম্না পোক্লবা চণ্ডালশিংনা, ভগবান্‌বু থাজদবা ইমুঙদা পোকপা মীনা, অতুগা বেশ্যাশিং-ফাওবনা ঐঙোন্দা শুদ্ধভক্তিনা চঙজরবদি পম্মৈং অথোইবতু ফংগনি; মরমদি ভক্তিগী লম্বীদা জাৎ তোন্‌বদা পোকপনা অমদি অতোন্‌বা শিল্লম পায়বনা অথিংবা ওইদে। লম্বী ইন্নীংবা মী খুদিংমক্না চৎপা য়াগনি।"

শ্রীকৃষ্ণবু উনীংবনা থৌরাংলবী দ্বারকাগী বেশ্যাশিংতু ভগবান্‌গী শুদ্ধ ভক্তা ওইবী ঙাক মাল্লী। অতুনা মখোয়তু ভগবদগীতাগী মথক্তা পল্লিবা ৱাফমসিগী মতুঙ ইন্না মুক্তিগী লম্বীদা লৈরম্বী ঙাক্লি। মরমসিনা, সমাজ শেংদোক্লবগী তৌদবা য়াত্রবা থবক হায়রববু নাগরিকশিংবু ভগবান্‌গী ভক্ত ওইহন্নবা পুন্নপ চঙতুনা হোৎনবতনা ওইগদবনি। মতৌ অতুম তৌরগা স্বর্গবাসীশিংনা চেল্লিবা অফবা গুণ-শিংতু মথক্তা অতুম মখোয় পুন্নমক্কী ওইরক্কনি। অমরোমদা হায়রগা, ভক্ত-নত্তবশিংতুদি মরল-মথুম

কোকথোঙ অমা লৈরবসু অফবা গুণশিংদু চেল্লোই। খেন্নরিবা হায়রবু ভগবানগী ভক্তশিংনা মুক্তিগী লম্বীদা লৈরে অদুগা ভক্ত-নত্তবশিংনা সংসারগী মায়া লাংদা হেন্না হেন্না থুজনবা অসিতনি। সভ্যতা থোঙখাঙগী চাঙ লেপ্লদি মীশিংনা মুক্তিগী লম্বীদা শিক্ষিত ওইবা অমদি খোঙথাঙ চাওশল্লবা অদুতনা লেপকদবনি।

## শ্লোক ২০

**নটনর্ত্তকগন্ধর্ব্বাঃ সূতমাগধবন্দিনঃ।**
**গায়ন্তি চোত্তমশ্লোকচরিতান্যদ্ভুতানি চ॥ ২০॥**

### শব্দার্থ

নট—নাট্য-অভিনেতা (ড্রামা-য়াওবা মী); নর্ত্তক—জগোই শাবা; গন্ধর্ব্বাঃ—ঈশৈ-শকপা মী; সূত—পুরাণ-হৈবা; মাগধ—শাগৈগী পুকোক-পাকোক খঙবা মী; বন্দিনঃ—বাঙাঙ-হৈবা খুনেক; গায়ন্তি—শকশোল্লী; চ—অমসুং; উত্তমশ্লোক—পরমেশ্বর ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণ; চরিতানি—লীলা; অদ্ভুতানি—অঙকপা; চ—অমসুং।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অহৈবা অভিনেতা, জগোই শাবা, ঈশৈ-শকপা, পুরাণ হৈবা, পুকোক-পাকোক মশক খঙবা মী অদুগা বাঙাঙ-হৈবশিংনা, শ্রীকৃষ্ণগী অঙকপা লীলাশিংদু শক শোন্দুনা চৎলম্মী।

### নৈনরোল

চহী লীশীং মঙাগী মমাঙদসু নাট্য-অভিনেতাশিং, কলাকারশিং, জগোই-শাবশিং, পুরাণ-খঙবা, বংশগী পুকোক পাকোক মশক খঙবা মীশিং, ময়াম মাঙদা বাঙাঙ-হৈবা মীতাশিং সমাজগী চঙদবা য়াদবা ওইরমাল্লে। জগোই শাবা, ঈশৈ-শকপা অমদি লীলা-য়াওবা কলাকার অয়াম্বদি শূদ্র-কাঙবুদগী থোক্লম্মী অদুগা পুরাণ খঙবা, বংশগী মীকোক খীবা, অদুগা বক্তাশিংদি ব্রাহ্মণ সম্প্রদায়গী মী ভাক্তা ওইরম্মী। মখোয় লোইনমক জাতি-বর্ণ অমমমদগী থোরকপা ওইনা তৌই অদুগা শাগৈগী থবক ওইনা হৈহল্লম্মী। অ'সশুম্বা নটশিং, নর্ত্তকশিং, গন্ধর্ব্বশিং, সূতশিং, মাগধশিং অদুগা বন্দীশিং অসিনা লৌখৎলম্বা বিষয়দি ভগবান্গী যুগ যুগশিংদা তৌখিবা লীলাশিং ভাক্তনি, অচম্বা থৌদোক নৎলমদে। মখোয়দুগী তারিখশিংদি মথং মনাও নাইরমদে। পুরাণ পুম্নমক তোঙান তোঙানবা যুগশিংদা তোঙান তোঙানবা লোকশিংদা পরমেশ্বর ভগবান্না শান্নখিবা লীলাশিংদুগা মরি লৈনবা ইতিহাসগী ওইবা থৌদোক ভাক্তনি। মরমদুনা তারিখ কী মথং মনাও হায়নবদু উংবা কংদে। মরমদুনা হৌজিক্কালগী ইতিহাস-পণ্ডিতশিংনা থৌদোকী শম্নবা মতাঙদু ফাবা ঙমদে। অদুনা মখোয়না পুরাণশিংসে ইতিহাস নত্তে শেমজনবা বারী ভাক্তি হায়, মদুগী প্রমাণদি পুথোকপসু ঙমদে।

চহী চামরোমগী মমাঙদকাওবা নাটক পুম্নমক ভগবান্গী অঙকপা কথাগী ভাক ওইরম্মী। মীয়াম পুম্নমক নাট্য অভিনয়শিংদুদা ফুংঙাইবা ফংলম্মী; যাত্রা দলশিংনা (সুমাঙ লীলা বাঙবুনা) ভগবান্গী অঙক অঙকপা বারীশিংদু শাররম্মী। মতৌ অসুম্না লাইরিক ময়েক কাওবা চত্তবা লোমীশিংনা ওজা নাইনা ভক্তগী মশুং লৈত্রবকাওবদা বৈদিক সাহিত্য খঙবা ঙম্মী। মরমসিনা মীচমদা পরমার্থগী

ঙ্গান কংহল্লবা হোংনবদা নট, নর্তক, গন্ধর্ব অমসুং বন্দীনচিংবসি চঙলবা য়াদে। মাগধশিংনা শাগে অমগী মীশিংগী বারোল শুনা পীবা ঙম্মী। হৌজিকস্তু ভারতকী তীর্থশিংদা লমজিংবশিংনা মীনৌ অমগী মমাঙদা বংশলতা কাকুনা উৎনরি। অসিগুম্বা অঙকপা থৌদৌসিনা মরু ওইবা ইপাও লৌনবগীদমক মী য়ামা চিংশল্লি।

## শ্লোক ২১

**ভগবাংস্তত্র বন্ধুনাং পৌরাণামনুবর্তিনাম্।**
**যথাবিধ্যুপসংগম্য সর্বেষাং মানমাদধে ॥২১॥**

### শব্দার্থ

ভগবান্—পরমেশ্বর ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণ; তত্র—মফমদুদা; বন্ধুনাম্—মরূপশিংগী; পৌরাণাম্—পুর-বাসীশিংগী; অনুবর্তিনাম্—ভগবানবু স্বাগত তৌবা লাক্লম্বা; যথাবিধি—হৌনবী মতুঙ ইন্না; উপ-সংগম্য—মনাক চঙশল্লগা; সর্বেষাম্—মী খুদিংমকী; মানম্—ইকায়-খুম্নবা; আদধে—তৌরম্মী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

পরমেশ্বর ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনা, মহাকপু ওকপা লাক্লম্বা মরূপ-মপাঙ, মরীমতা, পুরবাসী অতৈ পুম্নমকী মীপুম খুদিংদা চঙশল্লগা মতীক ওকপা সম্মান পীরম্মী।

### নৈনরোল

পরমেশ্বর ভগবান্দি মাগী ভক্তশিংনা পুজরিবা ভাব-ভাবতুগী মতীক-ওকপা পাওখুম পীঙমদবা নির্বিশেষ ওইবা ( শক্লাইদবা ) নত্রগা লেঙ-খোৎপা-ঙমদবা পোৎ ঙমা নত্তে। মফমসিদা 'যথাবিধি' (হৌনবী মতুঙ ইন্‌বা হায়বদি মতীক ওকপা) শব্দসি তরায়বা নত্তে। মাবু লুনা তৌরম্বা মী অমদি ভক্তশিং মথল মথন্দা মখোয় মখোয়গী ভাব অদুগী হৌনবী মতুঙ ইন্না মহাক্না সম্মান তৌরম্মী। অওইবা হায়রগদি, শুদ্ধ ভক্তশিংদি মথল অমতগীনি মরমদ্রি ভগবান্ নত্তনা মখোয়গী সেবা তৌকম অতৈমা লৈতে; মরমদুনা ভগবান্সু অসিগুম্বা শুদ্ধ ভক্তশিংদা মখোয় মখোয়গী ভাব-মতাদুগী মতীক-ওকপা অদুম হল্লম্মী; হায়বদি মহাক্না মাগী শুদ্ধভক্তশিংগী মরম পুম্নমক মতম পুম্বদা য়েংশল্লী। মহাকপু নির্বিশেষনি হায়বা মী অতৈস্তু লৈ, মখোয়দুগী মফমদা মহাক্না সবিশেষ ওইনা চোংথোক্লুনা থোশাকুবা লৈতে। মহাক্না মী মীদুগী ভাব মতুঙ ইন্না মীদুবু পেলহল্লী। মফমসিদা উৎলিবদি মহাকপু ওকপা লাক্লম্বা মীতা তোঙান্-তোঙানবশিংদা মখোয় মখোয়গী ভাব-কা চানবা ভাব উৎপগী নোম্না অদুনি।

## শ্লোক ২২

**প্রহ্বাভিবাদনাশ্লেষকরস্পর্শস্মিতেক্ষণৈঃ।**
**আশ্বাস্য চাশ্বপাকেভ্যো বরৈশ্চাভিমতৈর্বিভুঃ ॥২২॥**

### শব্দার্থ

প্রহ্ব—কোক নোল্লুনা; অভিবাদন—ৱাহে য়াওনা খুরুম্না; আশ্লেষ—হকচাঙ কোয়বা; করস্পর্শ—খুৎ শোক্লবা; স্মিত-ঈক্ষণৈঃ—মীৎচিনা নোকুনা; আশ্বাস্য—থৌগৎতুনা; চ—অমসুং;

আশ্বপাকেভ্যঃ—হুইচাবা মী ফাওবদা; বরৈঃ—বর পীহুনা; চ—অমসুং; অভিমতৈঃ—অপাম্বা; বিভুঃ—সর্ব্বশক্তিমান্ শ্রীকৃষ্ণ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

বিভু শ্রীকৃষ্ণনা কোক নোন্দুনা, য়াইনা, হকচাঙ কোন্দুনা, খুৎ শোক্নুনা অদুগা নোক্নুনা য়েংলগা, পুম্নমক্কী পুক্নীং থৌগৎহুনা লুমহল্লগা অদুগা অপাম্বা বর পীরগা শাজা-হুইচাবা চণ্ডাল ফাওববু য়াওনা মী খুদিংমক সম্মান তৌখি।

নৈনরোল

মপাবুঙ বসুদেব, মবুধৌ উগ্রসেন অদুগা ওজা গর্গমুনিদগী হৌরহুনা বেশ্যাশিং অমদি হুইচাবা চণ্ডালশিংফাওবা য়াওনা শ্রীকৃষ্ণবু ওকপগীদমক থোরক্লম্বা মী মথল য়াম্মখরে। মখোয় খুদিংমকপু মাগী মাগী মফমগী মতৌক ওকপা মতৌদ: সম্মান তৌখি। শুদ্ধজীবাত্মা ওইনা জীব পুম্নমক ভগবান্‌গী তোঙাম্বাবা অংশ ঙাক্নুনি; মহাক্না নিত্য-সম্বন্ধ লৈরুবা মরম্না কনামতা বিজাতীয় ওইদে। অসিগুম্বা শুদ্ধ জীবাত্মাশিংসে প্রাকৃত গুণ শম্নবগী ফল ওইনা তোঙান-তোঙানবা থাক্কী জীব ওইনা খায়বতনি; অদুবু মায়িকগুণগা সঙ্গ তৌরুবদগী কাওলুপ খায়দোক্লবসু মখোয় পুম্নমক ভগবান্‌গী অংশ ঙাক্নুনিনা মহাক্না মখোয় পুম্ববু নুংশি। মহাক্না অবতার তৌবগী মরমদি মায়া-লাংদা থুরিবা জীবশিংবু মহাক্কী থামদা ত.মূক হন্না কৌবনি। বুদ্ধি-লৈবা মীশিংনা জীব পুম্বদা ভগবান্না পীবিরিবা সুবিধাসি লৌজে। কনামতবু ভগবান্না মাগী থামদা চঙবা য়ারোই হায়দে; বা হায়ববু জীবনা ভগবান্না কৌরিবসিদা চৎনীংবা নত্রগা চৎনিঙদবদা লৈরে।

শ্লোক ২৩

**স্বয়ং চ গুরুভির্বিপ্রৈঃ সদারৈঃ স্থবিরৈরপি।**
**আশীর্ভির্যুজ্যমানোঽন্যৈর্বন্দিভিশ্চাবিশৎপুরম্ ॥২৩॥**

শব্দার্থ

স্বয়ম্—মশামক, চ—অমসুং; গুরুভিঃ—অহল-লমনশিংগা; বিপ্রৈঃ—ব্রাহ্মণশিংগা; সদারৈঃ—তালোইশিংগা; স্থবিরৈঃ—চৎপাঙমদবা অহন্-ওইরবশিংগা; আশীর্ভিঃ—আশিষ-তৌবগী য়াইনা, যুজ্যমানঃ—থাগৎলবা; অন্যৈঃ—অতোপ্পা; বন্দিভিঃ—য়াঙাঙ-হৈবা খুনেকশিংগা; চ—অমসুং; আবিশৎ—চঙখি; পুরম্—দ্বারকা পুরদা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

তালোইশিংগা লোয়নরকপা লাইগুরুজনশিং, ব্রাহ্মণশিং, বন্দীশিং অমসুং অতোপ অতোপ্পা মীশিংনা তৌরকপা আশীর্ব্বাদকা লোয়ননা শ্রীকৃষ্ণ মশামক দ্বারকাপুরীদা চঙখি।

নৈনরোল

সমাজগী ব্রাহ্মণশিংনা থবক-ইনথাং-থাদোক্লবা পুন্সি-পোলোই মতম্নীদমক শেল তুঙশ‌‌নবগী য়াথল তৌরমদে। মখোয়না অহল ওইহুনা থবক শুবা ওয়াক্তুবা মতমদা নিংথৌগী রাজসভাদা

চৎলগা নিংথৌনা তৌথিবা কজবা থবকশিংদু থাগৎপদদা মথোয়গী অচা-অথকী পোৎচঙ পুম্বা নিংথৌনা পীরম্মী। অসিগুম্বা ব্রাহ্মণশিংসে, তশেংবা হায়রগদি, নিংথৌদা চিরোন তৌবা মী নৎলমদে, মরমদি নিংথৌশিং মশা মশানা তৌরম্বা থবক্তনা মথোয় মগুণ শরুম্বনি। মদুম তৌবনা পুণ্য-কর্ম্মশিং অদুগুম্বদু অমুকন্তু তৌথনবগীদমক ব্রাহ্মণশিংনা চীঙলেম্মা শরুম্বনি। শ্রীকৃষ্ণ ভগবান্দি মিংচৎ পুম্নমক কৎবদা মতীক চারিবনি। ভগবান্বু স্তুতি তৌরিবা ব্রাহ্মণচিংবা মীশিংদু ভগবান্গী যশঃ-কীর্ত্তি শকশোনবদুনা মথোয়গীসু মমায় ওইজরিবনি।

## শ্লোক ২৪

**রাজমার্গং গতে কৃষ্ণে দ্বারকায়াঃ কুলস্ত্রিয়ঃ।**
**হর্ম্ম্যাণ্যারুরুহুর্বিপ্রাস্তদীক্ষণমহোৎসবাঃ ॥ ২৪ ॥**

### শব্দার্থ

রাজমার্গম্—লম্বী অচৌবা; গতে—চৎপা মতমদা; কৃষ্ণে—শ্রীকৃষ্ণনা; দ্বারকায়াঃ—দ্বারকাগী; কুলস্ত্রিয়ঃ—শাগৈ অচৌবগী লৈমশিংনা; হর্ম্ম্যাণি—দালাল মথক্তা; আরুরুহুঃ—কাখৎলম্মী; বিপ্রাঃ—হে ব্রাহ্মণশিং; তৎ-ঈক্ষণম্—মহাকপু (কৃষ্ণবু) য়েংনবা; মহা-উৎসবাঃ—হরাওবা অমগুম্বা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণনা লমজাও সোড়োক অচৌবশিংদুদা লেংলম্বা মতমদা অচৌ অশাংগী ইমুঙগী লৈমশিংনা য়ুম-দলাল মথক্তা শ্রীকৃষ্ণবু য়েংননবগীদমক কাখৎলম্মী। মদুম্বা শ্রীকৃষ্ণনা লেংলম্বদু য়েংবদি খ্বাইদগী চাওবা হরাও কুম্মৈ (উৎসব) অমা ওইনা মথোয়না খল্লম্মী।

### নৈনরোল

দ্বারকাগী লৈমশিংনা খল্লম্বগুম্বা শ্রীকৃষ্ণবু দর্শন তৌবদি তশেংনমক মহা উৎসব অমনি। মসি হৌজিককাওবদা ভারতকী ভক্তি চেনবী মহিলাশিংনা তৌনরি। থোইদোক হেন্দোক্লা ঝুলন অমদি জন্মাষ্টমী উৎসবকী মুমীৎশিংদা ভারত চম্নুরাশিংনা ভগবান্গী নিত্য ওইবা দিব্য বিগ্রহ লাংথম লাইশঙশিংদা য়াম্না তিল্লি। মন্দির অমদা ভগবান্গী দিব্য বিগ্রহ থিল্লিবদু ভগবান্ মশামক্তা থেন্নদে। ভগবান্গী অদুগুম্বা মূর্ত্তিবু 'অর্চ্চা-বিগ্রহ' হায়বদি অর্চ্চা-অবতার হায়না কৌই। প্রাকৃত জগত্তা লৈরিবা মহাকী শীঙলাকঙমদবা ভক্তশিংগী সেবা তৌবা য়াননবা হায়রদুনা মহাকী অন্তরঙ্গা শক্তি শীজন্নদুনা মশাগী বিগ্রহদু য়াম্না থোকহল্লি। ভগবান্গী দিব্য-ভাবপু প্রাকৃত ইন্দ্রিয়শিংনা অনুভব তৌবা ঙমদে, মরমদুনা ভগবান্না অর্চ্চা-বিগ্রহ মূর্ত্তি লৌবনি; মপাম্বোংগী হায়রগদি অর্চ্চা-বিগ্রহ অদু প্রাকৃত ওইবা লৈথোম, উ অমদি মুঙনা মচাক ওইরগা শাবনি মহায়বা, তশেংবদি বিগ্রহদু মায়ানা চঙবা ঙমদে। ভগবান্দি 'কৈবল্য' (মথক্তমক ঙায়বা) ওইবনিনা মঙোন্দা প্রাকৃত ওইবা কয়িগুম্বা অমত্তা য়াওদে। মহাক অনী গুদবা (অদ্বিতীয়) মথক্তমক ঙায়বা হায়রবদুনি, মরম অদুনা সর্ব্ব-শক্তিমান্ বিভু ওইবা ভগবান্না মায়া চঙদবা মূর্ত্তি অমা হেক্তা লৌবা ঙম্মী। মরমসিনা ভগবান্গী মন্দিরশিংদা খ্বাই পুম্নমক্তা তৌনরিবা উৎসবশিংসে চহী লীশিং মঙাগী মমাঙদা শ্রীকৃষ্ণনা দ্বারকাদা আবির্ভাব তৌবা মতমদা তৌথিবা উৎসবগুম্বা ওক্নি। ময়াম্না য়ানরবা অদুগা অর্চ্চন-গী নিয়ম-পদ্ধতি শঙজবা আচার্য্যশিংনা মীচম প্রজা ময়ামগী খুদোং চাননবা হায়রদুনা ভগবান্গী মন্দির অসিগুম্বা শাদুনা কৎলী, অদুবু অর্চ্চন-পদ্ধতি কয়িনো হায়বা শঙদবা বুদ্ধি য়াৎপা মীতাশিংনা

মহৎ কর্ম্ম অসিবু 'লাইকদিবী লাংপনি' হায়না শেম্নাম্না লৌই অদুগা মথোয়দি অসিগুম্বা থবক তৌবা মংদবনিনা নাত্তোন নাকচি কাওদুনা ভাও-শকই। মরমসিনা, ভগবান্গী দিব্য-রূপ অসিবু থাজবা মীভাশিংদগী ভগবান্গী দিব্য রূপ দর্শন তৌনবগীদমক্তা মন্দিরশিংদা উৎসব পালন তৌরিবা মুশী মুশাশিংনা হেন্না গুণ চেন্নি।

নৈনরিবা শ্লোকসিনা তাকপগী হায়রগদি দ্বারকাদা লৈরম্বা মীশিংদু দলাল অচৌ অচৌবা লোইরম্বা ওাক্লি হায়বসিনি। মসিনা নগরদু চাওথংলী হায়বা উৎলী। মুপীশিংনা শোভাযাত্রাদুবু অমত্তুং শ্রীভগবান্ শ্রীকৃষ্ণবু উননবা হায়দুনা য়ুমথক কারম্মী। মুপীশিংনা লমজাও সোড়োক্তা মীয়াম মরক্তা তিন্নরমদে, মক্তৌ অদুদা মথোক্নী মমাল চপ-চান্নবা ওাক্লমী। মুপাগা খুৎশেমগী মায়বা অমা লৈহনবা তৌরমদে। মুপীবু সন্মান তৌবদি মুপাগা তোঙানবদগা হেন্না কজনা লুনা তৌবনি। মুপী মুপা হায়বসিদি অপন অরাক লৈতনা পণ্ডতীন তিন্নহনবা চুমদে।

শ্লোক ২৫

**নিত্যং নিরীক্ষমাণানাং যদপি দ্বারকৌকসাম্।**
**ন বিতৃপ্যন্তি হি দৃশঃ শ্রিয়োধামাঙ্গমচ্যুতম্ ॥ ২৫ ॥**

শব্দার্থ

নিত্যম্—মতম পুম্বদা; নিরীক্ষমাণানাম্—মাবু য়েংলম্বা মীশিংগী; যৎ—বদি; অপি—ওইরবসু; দ্বারকা-ওকসাম্—দ্বারকাদা লৈবা মীশিং; ন—কদৌঙৈদসু নত্তে; বিতৃপ্যন্তি—পেল্লি; হি—লেপ্পমক; দৃশঃ—উবা; শ্রিয়ঃ—কজবশিং; ধাম-অঙ্গম্—তুঙফম ওইরিবা মাগী অঙ্গ (হকচাঙ); অচ্যুতম্—লেঙত্রবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

দ্বারকাগী মীশিংনা অচ্যুত ভগবান্গী কজবশিংগী তুঙফম ওইরিবা অঙ্গদু নিডিংগী উন-উনমক পেনবা কৌবদা নাইরমদে।

নৈনরোল

দ্বারকাপুরীগী লৈমশিংনা সংগাই-দলাল মথক্তা কাথংলম্বা মতমদা মথোয়না মমাওঙৈদা অচ্যুত ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী কজবা শক অদু হন্না হন্না উগ্রবনি হায়বদু মথোয়না কন্নিকক্তা থল্লমদে। মসিনা তাকপদি মথোয় ভগবান্বু দর্শন তৌবদু ইপেন পেল্লমদে হায়বসিনি। প্রাকৃত ওইবা পোত্তা অমবু হনজন হনজন য়েংলগাদি মমৈথঙদা লেথোক্নকপগী হৌনশা ওইনা মাদু য়েংনীঙক্তে। প্রাকৃত ওইবা পোত্তানদনি লেথোকপগী হৌদশা লৈরিবসি, দিব্য ধামদদি লেথোকপগী থা লৈতে। 'অচ্যুত' (লেঙদবা) হায়বা শব্দসি মতাঙসিদা থোইদোকপা অমা থঙহল্লি, মরমদি ভগবান্না থোক্লাম্না হৈবিদুনা মর্ত্যলোকসিদা কৃমথবিরক্রবসু মহাক্তি অদুম অচ্যুত ওইদুনা লৈ। জীবদি চ্যুত (লেঙগনবা, হোংগনবা, পণ্ডিত) ওই, মরমদি প্রাকৃত জগৎকা শম্নরকপা মতমদা জীবগী দিব্য বরূপ অদু মাঙভী, অদুনা ভৌতিক দেহদু পোকপা, হন্হন্ চাওথংলকপা, শক হোংলকপা, মতুং তারক্রপা অদুগা পুণ্ডুম তুবা (প্রলয়) হায়বা কীক্তমশিং অসিদগী নাহোকপা য়াদে, মসি প্রকৃতিগী নিয়ম্নি। ভগবান্গী দেহদি অদুগুম্বা নত্তে। মহাক্তি মহাক ওইনা কৃমথরকপনি অদুগা মহাক প্রাকৃত গুণশিংগী মথা

থক পোন্দে। মাগী দেহদি ওইরিবা পুন্নমক্তী থোরককল্লি অমসুং ঐথোয়না থক উৎরিবা কজবা খিবিরীস্ত তুঙনকল্লি। মরমসুমদা ভগবান্গী দিব্য রূপ অদু য়েংল য়েংলগা লেথোরকপা লৈতে, মরমদি মতম পুম্বনা মহাক্কী কজবদু নোথোরকুনা মরে। মাগী দিব্য নাম, রূপ, গুণ অমসুং পরিকর পুম্বনক চিন্ময় প্রকাশ ওইরকনি। ভগবান্গী পবিত্র নাম শোনবদা লেথোকপা লৈতে, ভগবান্গী গুণ নৈনবদা লেথোকপা লৈতে অদুগা ভগবান্গী পরিকরগী মশীংসু ওমথে নাইদে। মহাক পুম্নমক্কী থোরকল্লি অদুগা ওমথে নাইদবনি।

### শ্লোক ২৬

**শ্রিয়োনিবাসো যস্যোরঃ পানপাত্রং মুখং দৃশাম্।**
**বাহবো লোকপালানাং সারঙ্গাণাং পদাম্বুজম্॥ ২৬॥**

#### শব্দার্থ

শ্রিয়ঃ—লক্ষ্মীগী; নিবাসঃ—লৈফম; যস্য—মহাক্কী; উরঃ—থবাক; পান-পাত্রম্—ফান খুজাই; মুখম্—মায়খোঙ; দৃশাম্—মীৎকী; বাহবঃ—পাম্বোমশিং; লোক-পালানাম্—লোকপাল ওইবা দেবতাশিংগী; সারঙ্গাণাম্—বা মচং নত্রগা মচি ওঙ-শকপা ভক্তশিংগী; পদাম্বুজম্—খোঙ-থম্বাল।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ভগবান্ মাগী থবাক্তি লক্ষ্মীগী ময়ুম্নি, মাগী মায়খোঙনা মীৎ পুম্নমক্কা কজবা অমৃত থক্কবগী পাত্রনি, মপাম্বোমশিংনা লোকপালশিংগী পোৎথাকল্লি, অদুগা মখোঙ থম্বাল্লা মচি ওইখা বা শকশোনবা মীশিংগী তুঙফল্লি।

#### নৈনরোল

পোৎ তোঙান তোঙানবদগী মুংঙাইবা তোঙান তোঙানবা থিবা তোঙান তোঙানবা মী জাৎ যাম্না লৈ। লক্ষ্মীনা চানবিরকপা পাম্বা মী কয়ামনি; মখোয়সিগুম্বা মীদা বেদ শাস্ত্রনা থগুইল্লী, মহুদি—ভগবান্বু মাগী চিন্তামণি-ধামদা লক্ষ্মী লীশীং লীশীংনা সম্ভ্রমগা লোয়ননা সেবা তৌই; চিন্তামণি-ধাম কৌবা ভগবান্গী দিব্য-ধামশিংদা হৌরিবা উ-পাম্বীশিংদু লোইনমক কল্পবৃক্ষ (অপাম্বা পীবা পাম্বী) ওইরকনি অদুগা মকমদুগী শঙশিংদু স্পর্শমণি ওইরকনা শাবনি। মকমদুদা ভগবান্ গোবিন্দনা সুরভি শম্মোমশিংবু মাগী হৈনবী মশিন ওইনা শেল্লী। ভগবান্গী বিগ্রহ-স্বরূপা ঐথোয়বু চিংশল্লবদি লক্ষ্মীশিংদুবুদি মরাইনা অদুম উবা ফংগনি। নির্ব্বিশেষবাদীশিংদি অসিগুম্বা লক্ষ্মীশিংবু উবা ফংদে, মরমদি মখোয়দি চগণ্ডনবা জ্ঞান মার্গদা হৈরৈ। শক কজবা সৃষ্টিনা মপুক্লীং শুমহৎলবা কলাকারশিংনা মপুঙ কানা পেনগে হায়রবদি ভগবান্গী কজরবা মায়খোঙদু য়েংনবা হোৎনবনা হেন্না কৈ। ভগবান্গী মায়খোঙদি কজবগী মশাল্লি। কজবা প্রকৃতি (মহৌশা লাইরেমা) হায়না মখোয়না কৌরিবদু ভগবান্না নোকপনি অদুগা মখোয়না উচেক্কী থুম্নবা ঈশৈ হায়রিবদো ভগবান্গী মুকম মুকম শোনবা খোম্হোল্লি। ভগৎপু ওইকশেনবা লোকপাল ওইবা লাইয়াম লৈ। ভগবান্গী রাষ্ট্র-সেবাগী অধিকারী ওইবা লাই ময়াম লৈ। মখোয়সি মখোয়বু য়েংশিনবা অতৈবু মতম পুম্বদা কিন্নুনা ওইক লেল্লী, অদুবু মখোয়না ভগবানগী পাম্বোমদা আশ্রয় লৌরগদি য়েক্কবগী মথুক্তগী মখোয় মশাবু হাক্কনজবা ওমগনি। শাসন পায়বা ভগবান্গী ভক্তদি কিদয়ঙাই ওইবা শাসন কর্ত্তানি অমসুং মহাক শোয়দনমক প্রজা সাধারণগী স্বার্থ ওইকপা ওমগনি। ভক্ত নত্তবা অতৈ শাসকশিংদি

অরাজকতাগী চিহ্ন ওক্লি, মখোয়না শাসন তৌরিবা প্রজাশিংবু অবাবদা লংখত্তা থংডী। শাসক পূরমক ভগবানগী পাম্বোম মপান তাংডুনা নীঙথাইদনা লেনবা ওমগনি। পোৎ খুদিংমক্কী সার (মচি) হায়রবত্তুদি ভগবাদ্নি। মহাকপু সারম্ (মচি) কৌই। মহাকী (ভগবান্গী) মরমদা ঈ ওভবা অমদি ঈশৈনচিংবা শক শোল্লিবা মীবু 'সারঙ্গ' নত্রগা শুদ্ধ ভক্ত কৌই। শুদ্ধ ভক্তশিংদি মতম পূরমক্তা ভগবান্গী খোঙ থম্বাল্দবু পামত্তুনা লৈ। ভক্তশিংনা দিব্য রস ওইনা অংবা লৈহী জাং অমা থম্বান্দা লৈ। ভক্তশিংসে লৈহীত্তু চুপ্পীংবা খোইমূগুম্বনি। গৌড়ীয় বৈষ্ণব-সম্প্রদায়গী মহান্ ভক্ত আচার্য্য শ্রীলরূপ গোস্বামীনা থম্বাল-লৈহীসিগী মরমদা ঈশৈ অমা শক্লম্মী, মত্তুদা মহাক মশাবু খোইমূগা পাংথক ওইনা চাংদম্লরি। মত্তুদি—"হে প্রভু কৃষ্ণ, নঙোন্দা ঐগী প্রার্থনা ঋচ্ছগে। ঐগী পুক্নীংসে খোইমুগা পাংথক্লি, মানা খোইহী পাম্মী। মরমত্তুনা চানবীত্তুনা দিবা ওইবা খোইহী পূরমক্কী থোরকফম ওইরিবা নহাক্কী খুয়া থম্বান্দুদা ঐগী পুক্নীং খোইমূগী মকম অমতং পীনবীয়ু। ব্রহ্মাগুম্বা চাওর চাওরবা দেবতাশিংনা চহী কয়া চুপ্পা ধ্যান তৌরবকাওবদা নখোঙ থম্বানগী খুজীন মগাল উবা ফংদে হায়বা ঐহাক খঙজে। অত্তুম ওইনমক, হে অচ্যুত! ঐগী আশা অত্তুক য়াংখরে। হে মাধব! নখোঙ-থম্বাল সেবা তৌনীংবগী মক্কুবা পুকচেল ঐগী লৈতে হায়বস্তু ঐহাক খঙজে, অত্তুবু ভগবান্ নহাক্কি ঐগী য়াথয়া লাম্বা ফংদবমথৈ শক্তি চেনবনি, নহাক্কি ওইথোক্কুবা কয়া ওইথোকহনবা ঙম্মী। নঙগী খোঙ থম্বানদি স্বর্গগী অমৃত ফাওবস্তু কাওথোকপা ঙম্মী, মরমত্তুনা ননাই ঐবু নখোঙ থম্বায়া কয়া চিংশল্লে। মরমসিনা হে পরম সত্য ওইবা ইবুংঙো! নঙগী দিব্য-সেবা-রসবু মতম পূরমক্তা মহাও তংত্তুনদা লৈবা ঙম্লনবা ঐগী চিত্তসি ভগবান্ নঙগী খুযা থম্বান্দা নপ্পুনা লৈবা পীনবিয়ু।" ভক্তশিংনা ভগবান্গী খুয়া থম্বান্দা লৈরগা পেজৈ, মখোয়দি মাগী মায়থোঙ পুঙক-ফজবত্তু য়েংনীংদে অত্তুগা ভগবান্গী পাম্বোম্বা কনবী-লাকপিবস্তু পামজদে। মখোয়গীদি নম্র (নোম্লকপা) স্বভাব-নি অত্তুগা ভগবান্সু অসিগুম্বা নম্র স্বভাবকী ভক্তশিংবু চানবি।

### শ্লোক ২৭

**সিতাতপত্রব্যজনৈরুপস্কৃতঃ প্রসূনবর্ষৈরভিবার্ষিতঃ পথি।**
**পিশঙ্গবাসা বনমালয়া বভৌ ঘনো যথার্কোডুপচাপবৈদ্যুতৈঃ ॥২৭॥**

#### শব্দার্থ

সিত-আতপত্র—অঙৌবা পে (ছাত্তিন); ব্যজনৈঃ—চামর ঙমাইগদা লোয়ননা; উপস্কৃতঃ—খোগল্লবা; প্রসূন—লৈ; বর্ষৈঃ—চাইথবনা; অভিবর্ষিতঃ—কুপ্লবা; পথি—লম্বীদা; পিশঙ্গ-বাসা—সনাফীগেনা; বনমালয়া—বনমালানা (লৈপরেংনা); বভৌ—ওইখি; ঘনঃ—অমঙবা নোং; যথা—ওইবগুম্বা; অর্ক—নুমীৎ; উড়ুপ—থাজ; চাপ—চুমথাঙ; বৈদ্যুতৈঃ—নোংথাঙনা।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

দ্বারকাগী সোড়োক্তা ভগবান্না লেংলম্বা মতমদা, মহাকী কোক অত্তু মুংশা য়ৈদনবা অঙৌবা পে থম্মী। অত্তুগা চামর হাইত্তুনা খোগল্লমী অত্তুগা লৈ ময়াম লম্বীথক্তা চাইরম্মী। মহাকী সনাফীগেগা লৈপরেংগনা অমংবা নোংবু মতম অমত্তদা নুমীৎনা, থানা, নোংথাঙনা অত্তুগা চুমথাঙনা লৈতেংবগুম্না উখি।

## নৈনরোল

মুমীৎনে থানে চুমথাঙনে অদুগা নোংথাঙনে—মথোয় পুল্লপ্পা মতম অমতদা অতিয়াদা থোক্কে। মুমীৎ লৈরিবৈদা থাবল ফত্তেঃ অদুগা নোং মংদুনা চুমথাঙ খুমবা মতমদা নোংথাঙ কুপ্পে। ভগবান্গী হকচাঙগী কুচুদি ফুইনা হৌবা নোংগুম্বনি। মহাকপু শ্লোকসিদা অমংবা নোংগা চাংদম্নরি। মাগী কোকথক্তা খল্লিবা পেবু মুমীৎকা চাংদম্নরি। চামর হুমাই হুম্বদা থোকপা মওংতুবু থাজগা চাংদম্নরি। নোং চুবগুম্না লৈ চুথরকপদুবু থবান-মিচাকশিংগা চাংদম্নরি। মাগী সনাফীগেদুবু চুমথাঙগা চাংদম্নরি। অতিয়া থোক্লিবা থবক ময়ামসে পুল্লপ্পা মতম অমতদা ওইবা য়াবা নত্তবনা চাংদম্নরগা হেক্তা ওইহনবা য়াবা নত্তে। ওইহনবা য়াগদবদি ঐথোয়গী ৱাখল্লা লাম্বা কংদ্রবা শক্তি অমা ভগবান্গী লৈরিবদো অদুবু হেক খল্লবা মতমদদা য়াগদবনি। ভগবানদি শক্তি পুম্বনা তিনবনি অদুনা মাগী মফমদদি ওইথোক্তববু মাগী অচিন্ত্য ( মীওইবগী ৱাখল্লা থোক্ত্রবা ) শক্তিনা ওইথোকহল্লি। অদুবু মহাক্না দ্বারকাগী সোড়োকশিংদা লেঙঙক্লম্বদুদা ওইরম্বা ফীভম অদু য়াম্না ফজরম্মী, অদুগী ফজববুদি প্রকৃতিগী অঙকপা দৃশ্যগা চাংদম্নদ্রবদি চাংদম্নঙাই পোৎ অমতা লৈরমদ্রে।

## শ্লোক ২৮

**প্রবিষ্টস্তু গৃহং পিত্রোঃ পরিষ্বক্তঃ স্বমাতৃভিঃ।**
**ববন্দে শিরসা সপ্ত দেবকীপ্রমুখা মুদা ॥ ২৮ ॥**

## শব্দার্থ

প্রবিষ্টঃ—চঙলম্বা; তু—তৌইগুম্বস্নুং; গৃহম্—য়ুমদা; পিত্রোঃ—মপাবুঙোগী; পরিষ্বক্তঃ—(মাবু) কোনবিরম্মী; স্বমাতৃভিঃ—মশামক্কী মমাশিংনা; ববন্দে—খুরুমখি; শিরসা—কোক্না; সপ্ত—তরেৎ; দেবকী—দেবকী; প্রমুখা—লুচিংবা; মুদা—হরাওনা।

## মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মপাবুঙগী সঙ্গায়দা চঙলবা মতমদা মশামক্কী মমাশিংনা মাবু কোল্লম্মী। ভগবান্না দেবকী-নচিংবী মমা তরেৎপু কোক্না খুরুমজখি।

## নৈনরোল

ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী মপাবুঙ বসুদেবদো সঙ্গায় তোঙানবা অমদা তালোই তরানিপালগা লোয়ননা লৈরম্বা মাল্লী; তালোইশিংগী মরক্তা শ্রীমতি দেবকীদি শ্রীকৃষ্ণগী মমা অশেঙবনি। অদুম ওইনমক মমা পোক্তবীশিংদুনা চপ মান্নবা মহাকপু মুংশিরম্মী, মদুগী প্রমাণদি থংনরিবা শ্লোকসিনা ওইরিবনি। ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণসু মাগী অশেঙবা মমাগা অতৈ মমাশিংগা খেন্নবা উরমদে। মদুগী মুমীৎতা য়াওরম্বা বসুদেবগী তালোই পুম্নমকপু চপমান্নবা মওংদা খুরুমখি। শাস্ত্রগী ৱা মতুঙ ইন্না মীওইবগী মমা তরেৎনি, মদুদি—(১) অশেঙবা অপোকপী মমা, (২) গুরুগী মুপী, (৩) ব্রাহ্মণ অমগী মুপী, (৪) নিংথৌগী তালোই, (৫) শন অমোম, (৬) অঙাঙ ওইরিবৈ মপী ওইরকপী মুপী, অদুগা (৭) মালেম-লৈমা পৃথিবী। মথোয় লোয়নমক মমা ওাক্তনি। শাস্ত্রবিধি অসিগী তুং ইন্না, ইপানা লৌবা অদুগা ঐগী পোক্তবী ইমাদো অপোকপী ইমাগা চপ মান্নে, মরমদি ইপাসু গুরুজন মরক্তা অমনি। জগন্নাথ শ্রীকৃষ্ণনা পোক্তবী মমাশিংবু কপন্না ব্যবহার ভৌগদগে হায়বদু ভক্তীগে হায়দুনা ফিদম্নঙাই মচাদুপা অমগী ভূমিকা লোরম্মী।

শ্লোক ২৯

**তাঃ পুত্রমঙ্কমারোপ্য স্নেহস্নুতপয়োধরাঃ।**
**হর্ষবিহ্বলিতাত্মানঃ সিষিচুর্নেত্রজৈর্জলৈঃ ॥ ২৯ ॥**

শব্দার্থ

তাঃ—মখোয়না; পুত্রম্—মচানুপাবু; অঙ্কম্—তম্বাক্তা; আরোপ্য—থমহ্নুনা; স্নেহস্নুত—মুংশিব-দগী চেম্বোরকপ; পয়োধরা—মথাগী অমৃত; (স্নেহস্নুতপয়োধরাঃ—মুংশিবদগী অমৃত চেম্বরম্বা মথা পাল্লম্বী); হর্ষ—হরাওবা; বিহ্বলিতা-আত্মানঃ—পাখংলম্নবা; সিষিচুঃ—চোংহল্লম্মী; নেত্রজৈঃ—মীত্তগী থোরকপাঃ জলৈঃ—পিরাংনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মমাশিংনা মখোয়গী মচানুপা শ্রীকৃষ্ণবু মথাদা পমহ্নুনা কোল্লম্মী। মুংশিবনা মরম ওইহ্নুনা মখোয়গী মথা মথাদগী খোল্লাং অমৃত থোকখি। মখোয় হরাওমনবনা ইপা পাখংখি; অমুগা মীত্তগী শিম্বরকপা পিরাংনা শ্রীকৃষ্ণবু চোংহল্লম্মী।

নৈনরোল

ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনা বৃন্দাবন্দা লৈবা মতমদা মহাকপু মুংশিবদগী শনবীশিংগী মমীংতা পীরাং চেম্বরম্মী। মহাকপু মুংশিবা জীব খুদিংগী খোমজিন্দগী মহাক্না খোম চিংলম্মী, অমুনদি মহাবমক্তী অপোকপী মমাগুম্বা করম্বী পোক্তবী মমাশিংগী রাদি করি অমুক হায়রুগনি?

শ্লোক ৩০

**অথাবিশৎ স্বভবনং সর্বকামমনুত্তমম্।**
**প্রসাদা যত্র পত্নীনাং সহস্রাণি চ ষোড়শ ॥ ৩০ ॥**

শব্দার্থ

অথ—অমুগী তুংদা; অবিশৎ—চঙলম্মী; স্বভবনম্—মশামক্তী শঙ্গায়দা; সর্ব—পূম্বা; কামম্—অনীংবা; অনুত্তমম্—ভাথোইবা; প্রসাদাঃ—সঙ্গায়শিং; যত্র—মফমদা; পত্নীনাম্—লৈমশিংগী; সহস্রাণি—লীশিং লীশিং; চ—অমুগা; ষোড়শ—তরাতরুক।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অমুগী মতুংদা ভগবান্না ম'াক্তী সঙ্গায়দা চঙলম্মী, সঙ্গায়শিংহু খ্বাইদগী থোইবা ভাক্তনি। মহাক্তী লৈমশিংনা সঙ্গায়শিংহুদা লৈরম্মী। লৈমশিংগী মশীংদি লীশীঙ তরা-তরুক্নি।

নৈনরোল

ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী মহিবীশিংগী মশীংদি ১৬,১০৮ নি। মখোয় খুদিংমক হৈকোন লৈকোনগা কোরবা অচৌবা লম অমমম কোল্লনা লৈবা পোংচৈ চঙগদবা পুম্নমক রাওরবা শঙ্গায় অমমমদা লৈরম্মী। শঙ্গায়শিংসিংসিনি মপুঙ কাবা বারোন্দি ভরাগুবা ৰুড়দা য়াওরি। শঙ্গায় খুদিংমক মার্বল (মর্ম্মর) মুঙ খ্বাইদগী কবভাক্তনা শাবনি। শঙ্গায়শিংহু মণি মাণিক্যনা পুঙভাক ভাল্লম্মী, অমুগা

রেশমগী সিলিকী য়ুখল অমদি গালিচানা লৈতেংলম্মী। য়ুখল অমদি গালিচাশিংঙু সনাগী ফিবান হাপ্পা ওাক্তনি। পরমেশ্বর ভগবান্দি ভগ (লন্) তক্লা হায়বদি ঐশ্বর্য্য (ঈশ্বর হায়বদি মপু ওইবা), বীর্য্য (খোনা, পাঙ্গল), যশঃ (মিংচৎ), সৌভাগ্য (লাইবক ফবা), জ্ঞান (খঙবা), অমসুং বৈরাগ্য (থাদোকপা)—অসিগী মপুঙ মপুঙগী মপুনি। মরমসিনা ভগবান্গী শক্তায়শিংদা ভগবান্গী নীংবা থুংনবা তৌবদা অরাৎপা করিমত্তা লৈরমদে। ভগবান্দি ঙমখৈ নাইদবনি (অনন্ত-নি), মরমঙ্কুনা মাগী অপাম্বসু অনন্তনি অহুগা অপাম্বা থুংহনবসু ঙমখৈ নাইদবনি। মহাক্কী মরম খুদিংমক ঙমখৈ নাইদবনিনা মহুবু সম্পূৎনা মফমসিদা 'সর্ব্ব-কামম্' হায়বদি অপাম অপাম্বা পোৎলম্মা থল্লবা হায়না পল্লিবনি।

শ্লোক ৩১

**পত্ন্যঃ পতিং প্রোষ্য গৃহানুপাগতং বিলোক্য সংজাতমনোমহোৎসবাঃ।**
**উত্তস্থুরারাৎ সহসাসনাশয়াৎ সাকংব্রতৈর্ব্রীড়িতলোচনাননাঃ॥ ৩১॥**

শব্দার্থ

পত্ন্যঃ—(শ্রীকৃষ্ণগী) লৈমশিংনা; পতিম্—মপুরোইববু; প্রোষ্য—মীরৈবাক্তা লৈকরগা; গৃহ-অনু-পাগতম্—য়ুমদা হল্লকপা; বিলোক্য—উরহুনা; সংজাত—ওইরম্মী; মনঃ-মহা-উৎসবাঃ—পুক্নিংদা হরাওবা; উত্তস্থুঃ—ফুক হোৎগৎখি; আরাৎ—অরাপ্পদগী; সহসা—খঙহৌদনা; আসনা—ফিদাদগী; আশয়াৎ—রাখল খল্লম্বদগী; সাকম্—লোয়ননা; ব্রতৈঃ—ব্রতগা; ব্রীড়িত—ঈকায় হজোইরবা; লোচন—মীৎ; আননাঃ—মায়থোঙ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মবুঙো শ্রীকৃষ্ণনা লংফৈদা কুইনা লৈকরগা য়ুম হল্লক্লম্বা উরহুনা মহিষী পুম্নমক্না মপুক্নীংদা য়াম্না হরাওখি। খঙহৌদনা ফম্লম্বদগী অহুগা রাখল খল্লম্বদগী ফুক ফুক হোৎগৎখি লৈমশিংহুনা। চৎনবী মতুঙ ইন্না ঈকায়-হজোইবা মীৎয়েংগী মায়তাগা লোয়ননা অরাপ্পদগী য়েংলম্মী।

নৈনরোল

মথক্তা হায়খিবগুম্না, শ্রীকৃষ্ণহু মহাক্কী লৈমা ১৬১০৮-না লৈরম্বা সঙ্গায়শিংহুদা লেংশল্লম্মী। মসিনা তাক্লিবদি অসিনি, মহুদি শ্রীকৃষ্ণনা মশাহু লৈরম্লিবা মহিষীশিং অমদি মথোয়গী শঙ্গায়শিংগী মশীং ময়ামদুগা মান্নবা মশীংদা প্রকাশ (শকফোঙ) তৌখি অহুগা মতম অমতদা তোঙান তোঙান্না সঙ্গায় খুদিংমক্তা চঙখি। মতাঙসিদা মহাক্কী অন্তরঙ্গা শক্তি উৎপগী খুদম অমনি। মহাক একমেবাদ্বিতীয়ম্ (অনীশুদবা অমতা ওায়বা) ওইহুনসু মশাবু মহাক্না পাম্বা মশীংদা চিন্ময়-স্বরূপ অমতগী শকফোঙ (প্রকাশ) লৌবা ঙম্মী। অদ্বয়তত্ত্বদি মথন্তনি অহুবু মহাক্না হেক পাম্বগা 'বহু' (ময়াম) ওইনা থোকপা ঙম্মী হায়বসি শ্রুতি মন্ত্রনসু হায়। ভগবান্না ওইরকপা মূর্ত্তি ময়ামসি প্রকাশ অমসুং বিলাস হায়না উৎলি। বিলাস মূর্ত্তিশিংদি মহাক্কী শক্তিগী শকফোঙনি অহুগা প্রকাশ মূর্ত্তিশিংনা মশামক্কী শকফোঙনি। মতৌ অসুম্না পরমেশ্বর ভগবান্না প্রকাশ মূর্ত্তি ১৬১০৮-থক ওইনা থোক্লগা মতম অমতদা লৈমা খুদিংগী সঙ্গায় তান্না চঙখি। মসিবু ভগবান্গী 'বৈভব' হায়বদি ভগবান্গী দিব্য শক্তি কৌই। মহাক্না মতৌ অসুম তৌবা ঙম্মী হায়বগীদমক মহাকপু যোগেশ্বর

হায়নস্থ কৌই। সাধারণ যোগী অমনা মশাগী মূর্ত্তি য়াম্নবদা তরামুক্তা পুখোকপা ঙম্মী, তৌইগুম্বস্থং ভগবান্দি মহাক্লা পুখোক্লীংবা মূর্ত্তি মশীং মথৈ পুখোকপা ঙম্মী। নাস্তিকশিংনা (ঈশ্বর থাজদবশিংনা) কৃষ্ণনা লৈমা ১৬১০৮-দগী হেন্না লুহোংলম্মী হায়বসি মনাকোঙনা তাবদা ঙকচৈ, মরমদি মখোয়না শ্রীকৃষ্ণবু মখোয়গুম্বা অমনি হায়না অদুগা শ্রীকৃষ্ণগী শক্তিবু মখোয়গী ঙমখৈবা শক্তিগা মান্নে হায়না খল্লী। মরমসিনা ঐখোয়না খঙগদবদি ভগবান্গা মাগী তটস্থা শক্তি ওইবা জীবশিংগা খক মান্নকম খোক্তে হায়বসিনি; অদুগা শক্তি মপুগা মাগী শক্তিগা গুণ ধর্ম্মদা পঙখেন খেন্নদ্রবস্থ অনীসিবু ঐখোয়না খক মান্ননা লৌকদে। মহাক্কী লৈমশিংদু মহাক্কী অন্তরঙ্গা শক্তিগী শকফোঙ ঙাক্তনি। মতৌ অসুম্না শক্তিমান্গা মাগী শক্তি ময়ামগা লোয়ননা মতম পুম্বদা প্রাকৃত-নত্তবা মুংঙাইবদু মহৈ মহৈ পীনরি, মসুম তৌবা থৌদৌশিংবু ভগবান্গী লীলানি হায়নৈ। মরমসিনা ভগবান্না মুপী অসুক য়াম্না লোল্লম্মী হায়বসিদা করিস্থ ঙক্কঙাই ওইদে। অমরোমদা হায়রগা, ভগবান্না মুপী কোটি তরাতরুক লোল্লম্মী হায়রবফাওবদা মহাক্কী লোই-খম্বা-নাইদবা শক্তিদু মপুঙ যানা উংত্রিবনি হায়বনা চুম্বনি। পৃথিবীমণ্ডলসিদা লৈরিবা মীওইবশিংগী ইতিহাসদা মী অমনা লক্ষ্য শক্তিমান্ ওইদুনস্থ ভগবান্না মীদুগা মান্নদে নত্রগা মীদুদগী খক হম্বদে হায়বসিগী মমি ফজনা তাহনগে হায়বগীদমক্তা মহাক্না মুপী লীশীং তরাতরুকখক লুহোংলম্বনি অদুগা মখোয় খুদিংগী সঙ্গারদা চঙলম্বনি। মরমসিনা কনামতনা ভগবান্গা মান্নবা ঙমদে অদুগা মঙোন্দগী হেনবস্থ ঙমদে (মহাক অসম-ঊর্দ্ধনি)। হীরম খুদিংমক্তা য়েংলুবদা ভগবানদি মতম পুম্বদা চাউদুনদা লৈ। 'ভগবান্ চাউই' হায়বসি নিত্য-সত্যনি।

মরমসিনা, কুরুক্ষেত্র লানগীদমক মখোয়গী মপুরোইবনা মতম কুইনা য়ুম থাদোকলুরগা হস্তরুম্বদু অরাপ্পদগী উবদুদা লৈমশিংদুনা রাখন্দা লুপ্তুনা লৈরম্বদগী তোকখোক্তনা ফুক ফুক হৌগংনখি। অদুগা মখোয়গী মুংশিথোইববু তরাম তরাম ঙক্কবা শেম শাখি। যাজ্ঞবল্ক্যনা তাকপা ধর্ম্ম মতুঙ ইন্না লংফৈদা চংপ্রবা মপুরোইবগী মুপীনা সমাজগী থবক থোকপদা (অনুষ্ঠান-শিংদা) য়াওযদে, হকচাঙগী লৈতেং তৌফদে, নোকফদে, অদুগা করিগুম্বদস্থ মরীমতাগী য়ুমদা চংফদে। য়ুমদগী চংথোকখিবা মপুরোইবগী মুপীশিংগী ব্রতনি অসি। অদুগা মুপী অমনা মপুরোইবগী মমাঙদা চমোংনবা ফীভমদা চঙবা য়াদেস্থ হায়না তাক্লি। মহাক্না মশা মউ লৈতেং তৌগদবনি অদুগা মক্বি-মবোল অফবা শেংকদবনি অদুগা মপুরোইবগী নাক্তা লৈবা মতমদা হরাও হরাও লৈগদবনি। শ্রীকৃষ্ণগী মহিষীশিংদু মপুরোইবা হস্তরুবগী রাখন্দা লুপ্তুনা লৈরম্মী অদুগা মহাকপুদা শ্যান তৌরম্মী। ভগবান্গী ভক্তশিংদি ভগবানবু ৮ নবা নত্তনা মীংকুপ অমফাওবা লৈবা ঙম্মদে। অদুনদি দ্বারকাদা ভগবানগী লীলাগীদমক মাগী মহিষী ওইনা লক্ষ্মীশিংদা অবতার তৌরবী লৈমশিংদুগী রাদি করিমুক হায়রগনি? মখোয়না ভগবান্গা কায়নবা সুকঙম ঙমদে, লৈমিন্নরগা লৈরে নত্রগা মূর্চ্ছা তৌদুনা ওইরে— সুকথা থাদোরবা ঙমদে। ভগবান্না শন শেন্নবগীদমক বন তান্না লেংখিরম্বদা ব্রজগোপীশিংনা ভগবান্বু কাউবা ঙমখিদে। বাল-গোপাল কৃষ্ণনা গ্রামদগী চংথোকখিবা মতমদা অকনবা লৈপাক্কী লম্বীথক্তা মহাক্কী খোংলবা খুন্না-থবান্না নেংতুনা চংপদুগীদমক গোপীশিংনা য়ুমদা লৈন-লৈনা হুংনাংখি। অসুম্না হুংনাংদুনা করিগুম্বা মতমদা মখোয়গী মূর্চ্ছা ওইখি অদুগা মথবাই রাখি। ফীভম অসিগুম্বসি ভগবান্গী শুদ্ধ পরিকরশিংগী ততনা ওই। মখোয় মতম পুম্বদা মূর্চ্ছাদা ঙাক লৈ; অদুনা লৈমশিংদুস্থ ভগবান্না লৈরমদবা মতম পুম্বদা মূর্চ্ছাদা ঙাক লৈখি। হৌজিক ভগবান্বু অরাপ্পদগী উরদুনা মখোয়না খুদক্তা মথক্তা পনখিবা মুপীশিংগী ব্রত-নচিংবা য়াওনা তৌরম্বা থবক পূম্নমক থাদোরম্মী। শ্রীবিশ্বনাথ

চক্রবর্তী ঠাকুরগী মতুঙ ইমা হায়রগদি, পুরুষীংগী কীতম অমা ওইকম থোকপহ্ ওইখি। অহানবদা মথোয়হ্ কমুবদগী হৌগৎলগা, মপুরোইববু উনবীং-উনবীংনা, মুপী ওইবগী ঈকায়বা হায়বহুনা খঙহন-হুরবঙম তৌখি। অহুবু প্রেমগী আনন্দনা কনশঙ্কপনা মথোয়গী শেঃস্বরম্বা পুরুষীংবু নমহৎলগা ভগবান্‌বু আলিঙ্গন তৌনীংবগী বাখন্না মথোয়বু লাকখুখি; বাখলসিনা মথোয় তশেংনমক মায়কৈ শরাই খঙখিদে। অসিগুম্বা অয়োবী প্রেমানন্দগী কীতম্না সমাজগী চৎনবী বিধি-নিয়ম পুম্নমক নমথেক্লগা মথোয়না ভগবান্‌বু উনবগী লম্বীদা লৈরম্বা অপন-অরাক পুম্নমক্তগী নাহোকখি। মসিনি আত্মাগী মবুংঙো ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণবু দর্শন তৌনবগী অয়োবী মতাঙ।

শ্লোক ৩২

**তমাত্মজৈর্দৃষ্টিভিরন্তরাত্মনা দুরন্তভাবাঃ পরিরেভিরে পতিম্।**
**নিরুদ্ধমপ্যাস্রবদম্বু নেত্রয়োর্বিলজ্জতীনাং ভৃগুবর্য্য বৈক্লবাৎ ॥ ৩২॥**

শব্দার্থ

তম্—মহাকপু (ভগবান্‌বু); আত্মজৈঃ—মচানুপাশিংনা; দৃষ্টিভিঃ—মীৎনা; অন্তর-আত্মনা—থম্মোই লকানুংনা; দুরন্তভাবাঃ—অয়োবী প্রেমানন্দনা মথোয়গী ওইরবা মহুৎশুম্বী লৈমশিংনা; পরিরেভিরে—কোল্লম্মী; পতিম্—মপুরোইববু; নিরুদ্ধম্—থিংলম্বা; অপি—সু; আস্রবৎ—শিম্বরম্মী; অম্বু—পিরাং; নেত্রয়োঃ—মীত্তগী; বিলজ্জতীনাম্—ঈকায়থীবা শিংগী; ভৃগুবর্য্য—ভৃগুলক্তা অথোইবা হে শৌনক; বৈক্লবাৎ—খাম্বা নংহৌদবদগী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

চাংদমনিঙাই-লৈত্রবা প্রেমানন্দনা থুনহৎলম্বনা ঈকায়থীবী রাণীশিংহুনা থম্মোই-লকানুংদা ভগবান্‌বু কোল্লম্মী। অহুদগী মথোয়না মথোয়গী মীৎয়েংনা মহাকপু কোল্লম্মী, অহুদগী মথোয়গী মচানুপাশিংবু থাজনহুনা মহাকপু পাম্বোম্বা কোলহল্লম্মী (মহুদা, মথোয়মক্তা কোল্লুবগুম মুংঙাইরম্মী)। অহুবুনে, হে ভৃগুলক্তা অথোইবা, (শৌনক), মথোয়না মপুরুষীংগী পাথৎকম্বহ্ থিংগে হায়বগীদমক হেৎন-হোৎননা খাম্না ঙমহৌরহুনা মীৎলুদগী পিরাং শিম্বরম্মী।

নৈনরোল

মুপী ওইবগী ঈকায়-থীগনবা হায়বহুনা ভগবান্ কৃষ্ণবু আলিঙ্গন তৌবদা অথীঙবা কয়ামা লৈরবহ্ মহিষীশিংনা আলিঙ্গন তৌবগী মওং অহুম থোক্লা তৌখি, মহুদি ভগবান্‌বু মীৎনা য়েংজরগা, অহুগা মথোয় মথোয়গী থম্মোই লকানুংদা ভগবান্‌বু থমজরগা, অহুগা মথোয়গী মচানুপাশিং থাজনুনা ভগবান্ কৃষ্ণবু কোলহল্লগা। মহুমক্তদা থবক অহু লোইরমদে, মহিষীশিংনা খামগে হায়বগীদমক হোৎন-হোৎননা খাম্না ঙমদহুনা মীৎলুদগী পিরাং শিম্বরম্মী। মুপীনা মচানুপাবু থাজনুনা মপুরোইববু কোলহনবদি মরাক মথায়ক্তা কোল্লুবগুমনি হায়বা য়াই, মরমদি মচা হায়বসি মমাগী দেহ-শরুক ওইনা থোকখিবনি। মচানুপামা মপাবু কোনবহ্ তশেংবা মুপী মুপা অনীনা উনহুনা তিন্নবগী কোলনবহ্ নত্তে, মচানা কোলুবহ্ মুংশিবগী (স্নেহগী) পোক্তবা তৌবতনি। মীৎনা কোন্‌বনা মুপী-মুপাগী মরীদা ঋষি য়ানবা য়েন্নী। শ্রীল জীব গোস্বামীগী মত মতুঙ ইন্না মতৈ মনাও অনীগী মপুক অমুম্না কোঙদোক্লবদা করিম লান্‌বা (দোষ) লৈতে।

## শ্লোক ৩৩

**যদ্যপ্যসৌ পার্শ্বগতো রহোগতস্তথাপি তস্যাঙ্ঘ্রিযুগং নবং নবম্ ।
পদে পদে কা বিরমেত তৎপদাচ্চলাপি যচ্ছ্রীর্ন জহাতি কর্হিচিৎ ॥ ৩৩ ॥**

### শব্দার্থ

**যদ্যপি**—বস্নু; **অসৌ**—মহাক (ভগবান শ্রীকৃষ্ণ); **পার্শ্বগতঃ**—নাকন্দা; **রহঃ-গতঃ**—মথন্তমক লৈবা; **তথা-অপি**—অদুম ওইনমক; **তস্য**—মহাকী (ভগবান্গী); **অঙ্ঘ্রিযুগম্**—খোঙ অনীদু; **নবম্ নবম্**—নৌদুনদা লৈবা; **পদে পদে**—খোঙথাঙ খুদিংদা; **কা**—কনানা; **বিরমেত**—হন্দোকনি, **তৎপদাৎ**—মহাকী (ভগবান্গী) খোঙদগী; **চলা**—চৎকনবী; **অপি**—সু; **শ্রীঃ**—লক্ষ্মী; **ন**—নত্তে; **জহাতি**—থাদোকই; (**ন জহাতি**—থাদোক্তে); **কর্হিচিৎ**—করিগুম্বা মতমদা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনা মখোয়গী নাক্তা লৈরবস্নু মখোঙ থম্বান অনীদু মখোয়গী মফমদা নৌশল্লবোই তৌরম্মী। পোথাদুনা লৈগন্দবী হায়বদি চৎকনবী ওইরবস্নু লক্ষ্মীনা ভগবান্গী মখোঙদু থক থাদোক্তে। মরমদুনা ভগবান্গী খুয়া থম্বান্দা চঙশ্রবী মুপী কনানা খুয়া থম্বান্দুবু থাদোকপা ঙমগদগে?

### নৈনরোল

মায়া লাংদা থুরিবা জীবনা ঙৈহাক লৈতনা মফম অমদগী অমদা চৎপনা হৈনবী ওইরিবা লক্ষ্মীনা চানবীবা অদুতা তাম্নদুনা লৈ। মায়া সংসারসিদা কনামতনা মবুদ্ধি ফনা থেঁরবস্নু মতম শাংনা লাইবক ফবা অমা ওইদুনা লৈবা ঙমদে। পৃথিবীগী মফম তোঙান তোঙানবদা সাম্রাজ্য কয়া লিংশ্রে, মতীক ময়াই লৈবা নিংথৌ কয়া পৃথিবীসিদা লৈরম্মী; অদুবু মখোয় লোয়নমক মথঙ মথঙ ওইনা তুমশ্রে। মসি প্রকৃতিগী নিয়ম্নি। অদুবু আত্মাগীদমক্তি মসিদগী তোঙানবা নিয়ম অমা লৈ। ভগবানবু লক্ষ্মী কোটি কোটিনা থবাই য়াওনা সেবা তৌই হায়না ব্রহ্মসংহিতানা হায়রি। মখোয়সি মতম পুম্বদা ভগবান্গা অচীকপা মফমদা লৈ অদুম ওইনমক ভগবান্গা লোয়নবা হায়বসিনা মখোয়গী থম্মোইদা নৌদুনদা লৈবনিনা মখোয়না মখোং য়াংবী (চৎকনবী) ওইদুনস্নু ভগবানগী চরণবুদি ঙাইহাক্তা ফাওবা থাদোকপা ঙমদে। ভগবান্গা দিব্য-সম্বন্ধ লৈবসিনা কয়ামুক মুংঙাইহনবগে অদুগা নৌহৌহনবগে হায়ববু ভগবান্দা অমুক্তদং চঙজরুবা মীবুদি মাগী সঙ্গদু থাদোকপা ঙমদে।

জীবশিংদি স্বরূপকী হায়রগ দি মুপী স্বভাব চেনবনি। মুপা হায়বা ভোগ কর্ত্তাদি ভগবান্নি অদুনা মহাকী তোঙান তোঙানবা শক্তি উৎলক্লিবা পুম্নমক মুপী স্বভাব ঙাক্তনি। ভগবদ্গীতাদা জীবশিংবু পরা প্রকৃতি হায়বদি অথোইবা শক্তিনি হায়রি। ভূতশিংনা অপরা প্রকৃতি হায়বদি হন্থবা শক্তিনি হায়রি। শক্তিশিংসে শীজিন্নরিবা মহাক হায়বদি মখোয়বু ভোগ তৌরিবা মহাক অদুগী পেম্নবগীনি। ভোক্তা মকোক্তি ভগবান্ মশামক্লি হায়না ভগবদ্গীতানা হায়রি (৫।২৯)। মরমসিনা শক্তিশিংবু ভগবান্গী সাক্ষাৎ সেবাদা শীজিন্নবা মতমদদা মখোয়গী মশাগী অওইবদু পোপ তারকই অদুগা মস্তৌ অদুম ওইবনা শক্তিমানগা শক্তিগা অনীগী সম্বন্ধদা মায়দবা করিমত্তা লৈরক্তে।

মহৌশানা নকড়ি-তৌবা মীতাশিংনা সরকারগী মথাদা থবক তৌগদবগী থিনৈ। সরকারদি রাষ্ট্রগী ভোক্তা মকোক্নি। ভগবান্না বিশ্বব্রহ্মাণ্ডগী মমুঙ অমম্নুং মপান অনীমক্তা ভোক্তা মকোক

ওইবনিনা মাগী মনাই ওইবদি মুংঙাইবা (আনন্দ হায়বহুনি)। অমুক্তংবু ভগবানগী শাসন মখাদা থবক (চাকরি) তৌগ্রবদি জীব অমতনা থবক্তুদগী পোথানীংবা হায়বহু লৈরোই। মীওইবা পুক্নীগী ৱাংলেন ৱাংবা মহৈ-য়ানবা হায়বহুদি ভগবান্গী সেবা—সেবা পুন্নমক্কী মকোক অহু ফংনবা থিবনি। মহুনা ঐথোয়বু য়োনা মুংঙাইহনগনি। ভগবান্গা সম্বন্ধ থম্বদি তৌদ্রগা খোং-য়াংবী ৩.জ্ঞীবুদা থিবহু তৌফদে।

শ্লোক ৩৪

**এবং নৃপাণাং ক্ষিতিভারজন্মনামক্ষৌহিণীভিঃ পরিবৃত্ততেজসাম্।**
**বিধায় বৈরং শ্বসনো যথানলং মিথো বধেনোপরতো নিরায়ুধঃ॥ ৩৪॥**

শব্দার্থ

এবম্—মতৌ অসুম্না; নৃপাণাম্—নিংথৌশিংগী মঙ্গগা লৈপাক্কী শাসন পায়বশিংগী; ক্ষিতি-ভার—পৃথিবীগী পোৎলুম; জন্মনাম্—মহুম্না পোক্লবা; (ক্ষিতি-ভার-জন্মনাম্—পৃথিবীগী লুম্নবা পোক-লকপশিংগী); অক্ষৌহিণীভিঃ—শগোল, শামু, দোলাই অমসুং খোঙমীনচিংবা লান্মী খুৎপু লিংহুনা; পরিবৃত্ত-তেজসাম্—মতীক মঙাল্না মায়কৈ গুনা ঙাল্লবা; বিধায়—থোকহন্দুনা; বৈরম্—য়েক্নবা; শ্বসনঃ—নুংশিৎ; যথা—গুম্না; অনলম্—মৈ; মিথঃ—অমগা অমগা; বধেন—হাৎনহুনা; উপরতঃ—শান্তি ফংলম্মী; নিরায়ুধঃ—শ্রীকৃষ্ণ মশামক খুৎলাই পায়দবা ওইনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

পৃথিবী লুম্নবা পোক্লম্বা নিংথৌশিংবু হাৎলবা মতুঙদা ভগবান্না শান্তি ফংখি। নিংথৌশিংহু মখোয়গী অক্ষৌহিণী হায়বদি শগোল, শামু, দোলাই অমদি খোঙমীনচিংবা লান্মীশিং থমহুনা মতীক-ময়াইনা মায়কৈ গুনা ঙান্দুনা নাপল চাওরম্মী। শ্রীকৃষ্ণ মশামক্তি খুৎলাই পায়হুনা লান য়াওরমদে। খুৎকন্-পাঙ্গল্লবা নিংথৌশিংগী মরক্তা মহৈ মহৈ য়েংথীহল্লবা শীল্লম্মী অহুগা নিংথৌশিংনা মখোয় মশেল লান্হেংনরম্মী। ৱা-পাম্বী মশেল তরুহল্লগা মৈ হৌহল্লবগী মুংশীৎকুম্না মহাক্না নিংথৌশিংহু থেঙ্গায়নহল্লম্মী।

নৈনরোল

মথক্তা হায়খিবগুম্না, জীবশিংদি ঈশ্বরগী সৃষ্টিনি হায়হুনা উরিবা পোৎশিংসিগী ভোক্তা (ভোগ তৌবা মী) নত্তে। ভগবান্তনা মাগী সৃষ্টিদা উৎলিবা পোৎ খুদিংমক্কী মপুনি অমসুং ভোক্তানি। লাইবক থীবনা মায়া-শক্তিনা খুহুন চন্থিবনা জীবনা প্রাকৃত গুণশিংগী য়াথং ইন্দুনা অওইবা শাবা ভোক্তা ওইথৎলক্লই। ঈশ্বর ওইথৎলকপা ওইদবা ভাব অসিনা মথোই কারক° দগী জীবনা থবক মথল মথেল তৌহুনা লম্বুমগী পাঙ্গল হেল্লৎহল্লী, মতৌ অহুম তৌহুনা মহাক পৃথিবীগী পোৎলুম অমা ওইরকপদা কম্না হেন্না ওইশল্লকপগে হায়ববু পৃথিবীসি জ্ঞানীশিংনা লৈবা-য়াবা মফম ওইরক্তে। মতৌ অসিবু 'ধর্মস্য গ্লানি' হায়বদি মীওইবগী শক্তিবু শেরান্নানা শীজল্লবা কৌই। অসুম্না মীওইবগী শক্তি শেরান্নানা শীজল্লবসিনা কা হেজল্লক্লবা মতমদা পৃথিবী পোৎলুম ওইহুনা লৈরিবা পাপী শাসক-শিংনা থোকহন্‌বা থীরবা ফীভম্না জ্ঞানীশিংগী পুক্নীং লাওতরুহল্লী, অহুগা ভগবান্না মাগী অন্তরঙ্গা-শক্তি হায়বদি যোগমায়াদা তোংহুনা সাধু-জ্ঞানীশিংবু কন্নবা হায়হুনা অহুগা পৃথিবীগী মফম মফমদা সংসারী শাসকশিংনা থোকহন্‌বা অরা-পোৎলুম কোকহনবিগে হায়হুনা অবতার হেক হেক

তৌবি। মরায়া পাম্নত্রবা শাসকশিংসিবু মহাক্না চান্‌বিদে, অদুবু মুংশীংনা বা-পাম্বীশিংবু মহৈ মহৈ তক্লহল্লগা উমংদা মৈ হৌহন্‌বগুম্না। ভগবান্না পাম্নত্রবা শাসক মশেল য়েংথীনহল্লী মাগী শক্তি শীজন্নহুনা। মুংশীংকী শক্তিনা উমংগী লমৈ মথন্তা চাক্লকপগুম্ থ্বাইনা উবা ফংদবা ভগবান্‌গী ইচ্ছাদগী রাজনৈতিক কাণ্ডবু কাণ্ডবু য়েংথীনহল্লী। ময়ায়া পাম্নত্রবা শাসকশিংনা ওইদবা শক্তি অমসুং লাম্মীনচিংবগী পাঙ্গম্না নাপল-ময়াই কাহুনা মত থেম্নবনা মরম ওইহল্লগা মহৈ মহৈ থুংথোংনৈ অদুগা মপাঙ্গল পূম্নমক তুমৈ। ভগবান্‌গী তশেংবা ইচ্ছাসে পৃথিবীগী ইতিহাসনা শাক্ষীনি, মসি জীবশিংনা ভগবান্‌গী সেবাদা মায় ওলন্দ্রিবমখৈ অদুম থোক্কনা লৈগনি। বাকমসি ভগবদ্‌গীতাদা তরং তরংনা উংগী (৭।১৪)। মহুদি—"গুণ অহমগী মায়াসি ঐগী মায়ানি; মায়াসিগী মথা পোল্লিবা জীবশিংনা মায়াসিদগী লাম্থোকপদি ওইথোক্তে। অদুবু (কৃষ্ণ) ঐঙোন্দা চঙজবা জীবশিংনা পাক-চাউরবা মায়া-সংসারসি লাম্থোকপা ঙমগনি।" মসিগী অর্থদি—কনাগুম্বনা সকাম কর্ম্ম তৌহুনা নত্রগা জ্ঞানমার্গদা চংলগা নত্রগা মতবান পুথোক্কুনা পৃথিবীদা শান্তি অমদি চাউথংপা হায়বদু লেঙদবনখৈ থিন্দুনা থম্বা ঙম্মোই। অমতা-ঙায়বা পামৈ গায়ববু পরমেশ্বর ভগবান্দা শরণাগত ওইবা (চঙজবা) অদুতনি, মতৌ অসুম তৌরগদি ভগবান্‌গী গুণমায়াদগী নহোকপা ঙমগনি।

ময়ামগী লাইবকথীবা মরম্না মাঙ-তাক্লবা থবক্তা তৌরিবা মীতাশিংনা পরমেশ্বর ভগবান্দা চঙজহুনা মশা মশাবু কখোকচবা ঙমদে। মখোয়সি থ্বাইদগী পঙবা মীতানি; মখোয়সি মীওইবা মরক্তা থ্বাইদগী তোনবা জাংনি; মখোয়সি অসুম য়েংবদদি লাইরীক-হৈবা মাল্লবসু মখোয়গী জ্ঞান-দি মচেৎমত্তা লৈত্রবনি। মখোয়সিনা মতম পূম্বদা ভগবানগী পরম শক্তিবু শীংনরগা অসুরগী পুকচেল চেন্দুনা লৈরিবনি। মায়িক তেজ অমদি শক্তিদমক পাম্নবা সংসারীশিংদি থ্বাইদগী পঙলেন্ পঙবা হায়বহুনি, মরমদি জীবশক্তিগী বা থঙদবনা অদুগা পারমার্থিক জ্ঞান বাৎপনা মখোয়না প্রাকৃত জ্ঞান-দা লুপ্তুনা লৈ; জ্ঞান অদুদি মায়াগী দেহসিনা লোইবা মুমীত্তা অদুম লোইগনি। মীওইবা মরক্তা মখোয়দি থ্বাইদগী হম্ববা থাক্তী মীনি, মরমদি মীওইবগী পুন্সিদি মাঙলুরবাভগ-বান্‌গা লৈনবা সম্বন্ধহু অমুক নৌহোনা লৈহম্নবগীদমক্নি। খুদোংচাবসি মখোয়দি মায়িক ওইবা থবক্তা লুপথিবা মরম্না ফংত্রবনি। মখোয়সিদি জ্ঞান মাঙলবনি, মরমদি মখোয়না জ্ঞানচর্চ্চা মতম শাংনা তৌহুনসু পরমেশ্বর ভগবান্‌বু ফংবা হায়বা পোৎলম থুদিং মচি ওইবা জ্ঞান-গী থাক্তি য়োবা মঙমত্রে। মখোয়সিগুম্বা পূম্নমক অসুরগী শাজং চৎপা মী ঙাক্তনি, মখোয়না সংসারি-বীরনি হায়জবা রাবণ, হিরণ্যকশিপু অমদি কংসনচিংবা মীতাশিংনা ফংথিবা অরাবা ফলদু ফংগনি।

শ্লোক ৩৫

**স এষ নরলোকেঽস্মিন্নবতীর্ণঃ স্বমায়য়া।**
**রেমে স্ত্রীরত্নকূটস্থো ভগবান্ প্রাকৃতো যথা ॥ ৩৫ ॥**

শব্দার্থ

সঃ—মহাক (পরমেশ্বর ভগবান); এষঃ—মসি; নরলোকে—মীওইবগী লমদমদা (মর্ত্ত্যলোক পৃথিবীদা) অস্মিন্—অসিদা; অবতীর্ণঃ—নোংগুম্বা (ওইথি); স্ব—মশামকী, অন্তরঙ্গা; মায়য়া—শক্তি শীজন্নহুনা; রেমে—ভোগ তৌথি; স্ত্রীরত্ন—ভগবান্‌গী তালোই ওইবদা মতীকচাবী অথোইবী নুপী; কূটস্থঃ—মরক্তা; ভগবান্—শ্রীকৃষ্ণ; প্রাকৃতঃ—প্রাকৃতগুম্না ওইরকপা মীওইবা; যথা—গুম্না।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণ অহুনা মশামকী মায়া (অন্তরঙ্গা শক্তি) শীজন্নহুনা মর্ত্ত্যধামসিদা অবতার তৌবিরগা প্রাকৃত-গুণ-চেন্‌বা মীগুম্না মকোক ওইবী নুপী-লক্তা লৈহুনা রমণ তৌথি।

## নৈনরোল

ভগবান্না গৃহস্থ ( য়ুম্বান্বা মীওয়া ) লুহোংহুনা লৈরম্মী। মসি তশেংবদি মর্ত্যলোকসিগী মীতাগী থৌদোনি; অদুবু মহাক্না তালোই ১৬১০৮ মকপু লুহোংলগা মুপী খুদিংগী সঙ্গায় খুদিংদা লৈরম্মী হায়বসিনদি মাগী মতৌদু মর্ত্যশিংগী থৌদো নত্তরে। মরমসিনা, মাগী মতীকচাবী তালোইশিংগা লোয়ননা গৃহস্থ অমা ওইনা লৈবা ভগবান্দি কদৌঙৈদম্ব্রু প্রাকৃত নত্তে, অদুনা মহাক্না মুপী মরামদুগা লোয়ননবদু মীয়ম্নেন্দী মুপা-মুপী লোয়নবগী মরীদুগুম্বা নত্তে। ভগবান্গী তালোই ওইরম্বীশিংদো অচম্বী মুপীশিংগুম্বা মৎলমদে, মরমদি মখোয়না মহাকপু মপূ-রোইবা ওইনা ফংজবদি চহী লক্ষ লক্ষ তপস্যা তৌজরগা ফংবনি। ভগবান্না লোক অতৈ অতৈদা নত্রগা নরলোক অসিদা অবতার তৌবা মতমদা মায়বদ্ধ জীবশিংবু চিংশিল্লগা মাগী দিব্যধামদা মহাকী মনাই ( দাস ), মমা-মপা ( মাতা-পিতা ) অমদি তালোই ( কান্তা ) ওইহল্লুনা থম্লগীদমক মাগী দিব্যলীলা কয়া উৎলী, মাগী ধামদা হায়বদি কৃষ্ণলোক অদুদা মহাক মতম পুম্নমক্তা ভক্ত-শিংসিগী সেবা লৌয়ি। সেবাসি প্রাকৃত জগৎসিদা শেরায়না শীজয়ে অমসুং মতম চাদনা কায়-হল্লী, মদুগী ফলদি অবাবগী মশক্নি। মর্ত্যলোকসিদা লৈনরিবা সম্বন্ধ পুম্বা মতম থরত্তগীনি অদুগা অঙাও-লাই চুবগী থবক ঙাক্তনি হায়বদু মায়ানা খুদুম চনখিবদগী পঙথখিহুনা মায়াবদ্ধ জীবশিংনা খঙবা ঙমজদে। অসিগুম্বা সম্বন্ধশিংসিনা মতম পুম্বগী ওইনা ঐখোয়বু মুংঙাইহন্বা ঙমদে, অদুগা সম্বন্ধশিংসি ভগবান্গা লোয়ননা থম্নবদি ঐখোয়না প্রাকৃত দেহসি থাদোক্লবা মতমদা ঐখোয় দিব্যধামদা চৎপা ফংগনি অদুগা মকমদুদা ঐখোয়না পামজবা মওংদা ভগবান্গা নিত্য ওইনা মরী থম্বা ঙমগনি। ভগবান্না মখোয়গী কান্ত ( মপুরোইবা ) ওইনা লৈমিন্নরিবা মুপীশিংদু নরলোক অসিগী মুপী নত্তে, মহাকী দিব্য কান্তা ওইনা নিত্য সম্বন্ধ অদুম লৈরবী ঙাক্লি; মখোয়গী ওইরিবা ফীভমদু প্রেম ভক্তি যোগ সাধন তৌবদা সিদ্ধি ফংলগা ওইখিবা ঙাক্লি। মদুনি মখোয়না মতীক চাজরিবদি। ভগবান্দি পরব্রহ্মনি হায়বদি পরমেশ্বর ভগবান্নি। মায়াবদ্ধ জীবাত্মাশিংনা মফম পুম্নমক্তা নিত্য-সুখ ( মতম পুম্বদা তত্তনা মুংঙাইবা ) হায়বদু পাম্মী, মদু মর্ত্যলোক অসিদদা নত্তে, বিশ্বব্রহ্মাণ্ডগী লোক অতৈদা লৈবা মতমদসুনি, মরমদি জীবাত্মানা চিংকী মশক ওইবা মৈরীক অমনিনা ভগবান্গী সৃষ্টিগী মনুঙদা মফম খুদিংমক্তা কোয়না চৎপা ঙম্মী। অদুবু প্রাকৃত গুণশিংনা নমহৎপনিনা মহাক্না হাবাই-জহাজ ( space-craft ) তোংহুনা শূনতিঙাদা কোয়নবা হোৎনৈ, মরমদুনা মহাকী থুংফমদুদি য়ৌবা ঙমদে। মাধ্যাকর্ষণ ( পৃথিবীনা চিংশন্বা ) হায়বদুগী শক্তিনা বন্দীবু য়োৎছিং কোক্কো চন্দুনা ফাজনবগুম্বা মীবু ফাজল্লী। হাবাই জাহাজ নত্তবা অতৈ পাম্বৈনা মীনা য়ৌনীংবা মফমদা য়ৌবা য়াই, অদুবু মহাক্না খ্বাইদগী হেন্না বাংবা লোক অদু য়োক্লবসু মহাক্না পুন্সি খুদিংগী ফংগে হায়না তাক্লিবা নিত্য-সুখ হায়বদুদি ফংবা ঙম্লোই। অদুমকপু মহাক্না ভাব তারক্লগা ব্রহ্ম-আনন্দ হায়বদু ফংগে হায়না থিগৎলকয়ি, করিনা মহাক্না থিরিবা ঙমখৈনাইদবা মুংঙাইবা হায়বদু প্রাকৃত জগৎসিদা ফংলোই হায়বা অরেপ্পা অমা ওইনা মহাক খঙলক্লে। অদুনা পরব্রহ্মদি প্রাকৃত জগৎকী করিগুম্বা মথম অমতদা মহাকী মুংঙাইবদু লেপ্পমক থিদে। অদুগা মাগী মুংঙাইবনী অচঙপোৎ পোৎলমশিংদুসু প্রাকৃত জগৎতা ফংদে। মহাক শক্লাইদবা ( নির্বিশেষ ) নত্তে। শীংলাক-ঙমদবা জীবশিংগী মরক্তা মহাক্নি লুকোক-লুচিংবা অদুগা পরতত্ত্ব ওইবা মরম্না মহাক নির্বিশেষ ওইবা য়াদে। মহাক্না লেপ্পমক ঐখোয়গুম্বনি অদুগা মহাকীসু জীব অমগী লৈবগুম্না অপাম্বা পুম্নমক মপুঙ ফানা লৈ। মহাক ঐখোয় মীওয়া লুহোংঙী অদুম্নদি ওইরগা মহাকী লুহোংবদি ঐখোয় মীওইবগীগুম্বা

নত্তে অদুগা মায়াগী মথা পোনবা ফীভমদা ঐখোয়গী কংলিবা অসিগুম্বা নত্তে। মরমসিনা মহাক্না তালোইশিংদি য়েংবদা মীওইমগী মুপীগুম্বা উবদনি, তশেংবদি মখোয়শিংদো দিব্য ওইবা মুক্ত-আত্মা ওাক্নি হায়বদি ভগবান্না অন্তরঙ্গা শক্তিগী শকফোঙ (প্রকাশ) ওাক্তনি।

## শ্লোক ৩৬

**উদ্দামভাবপিশুনামলবল্গুহাসব্রীড়াবলোকনিহতো মদনোঽপি যাসাম্ ।**
**সংমুহ্য চাপমজহাৎ প্রমদোত্তমাস্তা যস্যেন্দ্রিয়ং বিমথিতুং কুহকৈর্ন শেকুঃ ॥ ৩৬ ॥**

## শব্দার্থ

উদ্দাম—য়াম্না চীঙলেম্বা (গম্ভীর); ভাব—অপাম্বা; পিশুন—পোকহনবা; অমল—মক্তবা; বল্গু—ফজবা; হাস—নোক; ব্রীড়া—মীৎচি; অবলোক—য়েংবা; নিহতঃ—মায়থীহনবা; মদনঃ—কামদেব (নত্রগা, অমদনঃ—শ্রীশিব মহাদেব); অপি—সু; যাসাম্—মখোয়গী; সংমুহ্য—পঙথরবা ওইদুনা; চাপম্—লীক্লং; অজহাৎ—থাদোকখি; প্রমদা—মুপাবু ওাওহনবী মুপী; উত্তমাঃ—তথোইবী; তা—মখোয়; যস্য—মহাক্না; ইন্দ্রিয়ম্—ইন্দ্রিয়; বিমথিতুম্—লাওতরুহন্নবা; কুহকৈঃ—যাদু মানবা মীৎতা-নাতানা; ন—নত্তে; শেকুঃ—ওম্মী; (ন শেকুঃ—ওমদে)।

## মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহিষীশিংগী ফজরবা মনোক অদুগা মীৎচিনা য়েংলকপা মীৎয়েংশিংদু মক্তবা অমদি য়াম্না য়োৗবা অপাম্বা পোকহন্নবা ওইরবসু, অদুগা মখোয়দুনা কামদেববু মায়থিহল্লগা নীংবা কায়দুনা মাগী লীক্লং থাদোকহনবা ওম্নবসু, অদুগা থাঙ-বনবা শিবকাওবসু ওমহৎপা ওম্নবসু, মখোয়গী যাদু মানবা মীৎতা-নাতানা ভগবান্না ইন্দ্রিয়শিংবু নৈহৎপদি ওমখিদে।

## নৈনরোল

অয়ান খুভমগী লম্বেল হায়বদি পরমেশ্বর ভগবান্না নাক হনবগী লম্বীদা মুপী-সজবু পুঙথীং বীংডী, অদুগা সনাতন ধর্ম্ম হায়বদি বর্ণাশ্রম ধর্ম্মনা মুপী সজ তৌবগী রাসি শুকয়া য়াদে নত্রগা নিয়ম অমগী মথাদা য়াই। অদু ওইরবদি মুপী লীশীং তরাতরুক্তগী হেল্লা লৌরম্বা মহাকপু করম্না পরমেশ্বর ভগবান্না হায়না লৌগদৌরিবনো? পরমেশ্বর ভগবান্না দিব্য ভাব খঙনীংবনা খোয়রাংলবা মীভাসিনা রাহুং অদু হুংবদি নাত্তে চাবা অমনি। অসিগুম্বা রাহুংশিংগী পাউথুম্নবা হায়দুনা নৈমিষারণ্যদা মুনিশিংনা ভগবান্না দিব্য চরিতকী ময়মদা নৈনখিবদু শ্লোক অসিদনে অদুগা মথা তারকপা শ্লোকশিংদনে ঙাওরি। মদনদেববু নত্রগা শিব মহাদেবমকপু শুমহৎপা ওম্বা মুপীগী পুক্নীং হুনগাই মতৌ মরাওনা ভগবান্না ইন্দ্রিয়শিংবুদি থুদুম চনবা ওমদে হায়বদু নৈনরিবা শ্লোকসিদগী তশেংনা থঙলে। মদনদেবগী মখোদি প্রাকৃত কাম পোকহনবা ওম্বনি। (হায়বদি মায়া-লাংদা থুরবা জীবশিংগী ইন্দ্রিয়শিংবু লাওহনবা ওম্বনি)। প্রাকৃত ব্রহ্মাণ্ড পুম্নমকপু মদনদেবগী লীক্লং তেঙ্গা ওাওহনবা ওাক্নি। জগৎসিদা তৌনরিবা থবক পুম্নমক মুপা-মুপী মশেল চিংনরিবা লীচিংনা কেন্দ্র ওইরগা তৌবা ওাক্নি। মুপানা মাগী পামজবী মুপী অমবু থি অদুগা মুপীনসু মাগী য়ুং চাবা মুপা অমবু থিরিবা ওাক্নি। প্রাকৃত জগৎকী ইরাওদি অসি ওাক্নি। মুপা অমগা মুপী অমগা হেক উনরুবদা তিন্ননীংবগী মরী অমা লৈয়কপা ময়ম্না জীবগী মায়া-বন্ধন অমুক হন্না থুরৌ লৌশনদুনা চেৎপা হেজংলি। মদুগী ফল ওইনা, মুপা-মুপী অনীদুনা চোংখোক্নম্না নোম্নকপদি য়ুমগী, মরৈবাক্নী, মচা মশুগী, সমাজগী অমদি মরূপ মপাঙগী অদুগা লল্ তুংশনবগী ময়ামসিনা ময়ম ওইদুনা তৌবা মায়িক কৃষ্মে ওাক্তনি। মতৌ অসুন্না, অয়াবনা থরুকা মত্তম থরুদগী ওইনা

সংসারগী মিথ্যা মায়ানা চোকথবা লৈতনা চিংশনবত্থু ঐখোয়না উরি। মরমসিনা মুক্তি ফংহুনা পরমেশ্বর ভগবান্‌গী নাক তান্না চৎনীংবা মীতাশিংবু মায়া-লাং ওইরিবা পোৎলমশিংদগী নাম্থোক্লবা তৌ হায়না শাস্ত্রশিংনা পাওতাক্লি। মত্থু ওইথোক্কদবদি 'মহাত্ম' হায়না খঙনরিবা ভগবৎ-ভক্ত-শিংগা সঙ্গ তৌরগদা ওইথোক্কদবনি। কামদেবনা মাগী তেন কাপ্পুনা শক ফজ্জে খঙদে কজ্জদে খঙদে নুপাগা নুপীগা মহৈ মহৈ ফংননবা হায়হুনা ঙাওনহল্লী। সভ্যজাতিশিংনা শক-থীবনি হায়নরিবা শা-উচেক্কী সমাজদসু কামদেবনা কায়হৌনহল্লিবসি অত্থুম মতৌই। অত্থুনা কামগী প্রভাবত্তি থীরেন থীবা মরক্তসু অত্থুম মরৈবনিনা শক-ফজবশিংগী বাদি করিমুক হায়গনি? ভগবান্‌ শিবদি অখাঙ কনবদা মাপা লৈতে হায়রিবনি, অত্থুবু বিষ্ণুভগবান্‌গী মোহিণী রূপ উবদা ঙাওখিহুনা মায়থিরে হায়না য়াজখি। লক্ষ্মীশিংগী মীৎয়েং-নায়েংনা কামদেববুসু শুমহৎখিবনা নীংবা কায়বদগী মহাক লীরুং-তেন থাদোকখি। অসুক য়াম্না ফজবনি অমসুং পুক্লীং হুবনি ভগবান্‌ শ্রীকৃষ্ণগী মহিষীশিংদো। অত্থুম ওইনমক মখোয়না ভগবান্‌গী চিন্ময় ইন্দ্রিয়শিংবু শুমহৎপা ঙম্লমদে। ঙমদবসিগী মরমদি পরমেশ্বর ভগবান্‌দি মপুঙ ফাবা আত্মারামনি হায়বদি মথন্তনা নুংঙাইঙম্বা হায়হুনি। মাগী মশাগী নুংঙাই-নবগীদমক কনাগুম্বা অমদগী মতেঙ চঙদে। মরমসিনা মহিষীশিংগী নুপী ওইবগী পুক্লীং হুনঙাই শকফম্না মাবু পেলহনবা ঙম্লমদে, অত্থুবু মখোয়না মাবু পেলহনবদি মখোয়গী থম্মোই-শেংনা নুংশিবা অমসুং সেবাতনা ঙম্লমী। মখোয়গী বিশুদ্ধ প্রেম সেবাতনা মখোয়না ভগবান্‌বু পেলহনবা ঙম্মী অত্থুগা ভগবান্নসু মখোয়বু তালোই ওইনা য়েংবিরম্মী। মতৌ অসুম্না মখোয়গী মক্তবা সেবাদা পেল্লহুনা ভগবান্না মখোয়বু নীংবা মপুরোইবা অমা ওইনা মখোয়গী সেবাগী মমল পীরম্বতনি। অসুক য়াম্বা তালোইগী নুপা অমা মহাক ওইদবা য়াদে হায়বা লৈরমদে। মহাক্তি মীপুম খুদিংগী মপুরোইবনি, অত্থুবু মহাকপু অসিগুম্বা অমা ওইনা লৌরিবা মীহুগী মফমদা মহাকসু অত্থু অত্থুম ওইবতনি। ভগবান্‌বু মক্তবা মওংদা নুংশিরিবসি মীরম্নেনগী কামগা অমতনি হায়না চাংদম্নবা য়াদে। মসিদি তশেংবা প্রাকৃত নত্তে দিব্যনি। মহিষীশিংনা নুপী ওইবগী মতৌদা গম্ভীর ওইবা ব্যবহার তৌরম্বত্থুসু দিব্যনি মরমদি উৎলম্লিবা পুকচেল্লু দিব্য আনন্দদগী ফোংদোকখিবনি। নৈনরিবা শ্লোকসিগী মমাঙ থংবা শ্লোক অত্থুদা হায়খ্রে মত্থুদি—ভগবান্না মীরম্নেনগী মরা মপুরোইবা অমা ওইনা উৎ-লম্লবসু অওইবদি মাগা মাগী মহিষীশিংহুগা লৈনরম্বা সম্বন্ধদি দিব্যনি (চিন্ময়নি), বিশুদ্ধনি (মক্তবনি) অত্থুগা মায়িক গুণ অহুম্না খুত্থুম চন্দবনি।

## শ্লোক ৩৭

**তময়ং মন্যতে লোকো হ্যসঙ্গমপি সঙ্গিনম্‌।**
**আত্মৌপম্যেন মনুজং ব্যাপৃণ্বানং যতোঽবুধঃ ॥ ৩৭ ॥**

### শব্দার্থ

তম্‌—মহাকপু (ভগবান্‌ শ্রীকৃষ্ণবু); অয়ম্‌—মখোয়সিনা (মীচম মরায়া); মন্যতে—খল্লী; লোকঃ—মায়াবদ্ধ জীবশিংনা; হি—লেপ্পমক; অসঙ্গম্‌—আসক্ত-নত্তবা; অপি—বসু; সঙ্গিনম্‌—আসক্ত ওইবা; আত্মা-ঔপম্যেন—মশাবু চাংদম্নবদা; মনুজম্‌—মীচম; ব্যাপৃণ্বানম্‌—(মায়াগা) শম্নবা; যতঃ—মরমহুনা; অবুধঃ—খঙদবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মায়ানা শুম্নবা মীচমশিংনা ভগবান্‌ মহাকপু মখোয়গুম্বা অমনি হায়না খল্লী। মাগী মরম খঙদবদগী মখোয়না মায়াগী বাংমদা লৈবা কামগী মহাকপু মখা পোনবদৌনা লৌই।

## নৈনরোল

মফমসিদা 'অবুধঃ' হায়বা শব্দসি মরুওইবা অমনি। ভগবান্‌গী মরম খঙদবদগী, অপঙবা সংসারীশিংনা ভগবান কনিনো হায়বসি শেরাম্না লৌই অদুগা মখোয়না পঙনা শাগৎপা ভাব অদু করিস্থ খঙজদবা মীশিংগী মরক্তা প্রচার তৌই। ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণদি আদি পুরুষ ভগবান্নি, মহাক্না মীপুম খুদিংগী মমাঙদা চোংথোরকপা মতমদা মাগী পূর্ণ দিব্য শক্তিশিং মকম খুদিংদা উৎলগা লীলা শারে। শ্রীমদ্ভাগবতম্‌গী ইহান হানবা শ্লোক অদুদা ঐথোয়না ব্যাখ্যা তৌখিবদুনি, মদুদি মহাক্না তৌনীং তৌনীংবা মওংদা থবক তৌবগীদমক মহাক মপুঙ ফানা নীংতমজে, অদুবু মানা তৌবা পুম্নমক সৎনি (নিত্যানি), চিন্ময়নি অদুগা আনন্দময়নি। অপঙবা মর্ত্যলোকবাসীশিংদনা ভগবদগীতানা উপনিষদ্‌শিংনা য়ারিবা ভগবানগী সচ্চিদানন্দময় ওইবা দেহদুবু খঙদবদগী ভগবানবু শেরাম্না লৌই। মাগী শক্তি মখল মখাসিনা হৌনবী মথঙ মনাও হায়বদু কায়দবা মপুঙ ফাবা থোওং অমদা থবক তৌই; মাগী শক্তিশিং শীজন্নদুনা থবক খুদিংমক তৌরগা মহাক্তি মতম পুম্বা নীংতম মকোক ওইনা লৈ। মাগী কান্নবা মরমগী নত্তনা জীবশিংদা কৃপা তৌবিদুনা মর্ত্যগামদা অবতার তৌবা মতমদা, মাগী লন্নাই শক্তি শীজন্নদুনা অবতার তৌবনি। মহাক প্রাকৃত গুণশিংগী মখা পোন্দে, মহাক্না অবতার তৌবদি আদি মূল অদু অদুম ওইনা তৌবনি। মায়াবাদীশিংনা মহাকপু পরমপুরুষ ওইনা খঙদে, মখোয়না খনবদি মহাক্কী নির্ব্বিশেষ স্বরূপ ওইবা বর্ণনা তৌবা য়াদবা ব্রহ্ম অদুনা লোইরে হায়না খন্নী। মসিগুম্বা বাৎন্দু মায়াবদ্ধ ওইবা পুক্তিদগী থোরকপা পোৎনি মরমদি মখোয় মখোয়গী লন্নাই শক্তিগী বাংমা লান্না উবা ঙমদে। মরমদুনা ভগবানবু কনাগুম্বনা মাগা মান্নে হায়না খল্লবদি মহাক অদু কৈস্থ লৈতবা মীচম অমনি। পরমেশ্বর ভগবানদি মতম পুম্বদা মায়িক গুণশিংগী মখা পোন্দে হায়বসি মীচম মহাকপু খাজহনবা বাই। সূর্য্য (নুমীৎ) অসিবু শকওম্নবা পোৎ অমতনা ওলহনবা ঙমদে হায়বসি মীচমশিংদুনা খঙদে। মনোধর্ম্মীশিংনা মখোয় মশা মশানা তৌরুরগা খঙলকপা অদুগী মীৎয়েংদগী পোৎ খুদিংমকপু য়েংঙী। মতৌ অসুম্না লুহোংবগী মতাঙদা ভগবান্না মীচম অমগুম্না তৌবা উবদা মখোয়না ভগবানবু মখোয়গুম্বনি হায়না খল্লী, মতমদুদা ভগবান্দি খুদক্তা মুপী লীশীং তরাতরুকওগী হেন্না লুহোঙবা ঙমী হায়বগী বাদি মখোয়না খম্নরুবা লৈতে। জ্ঞান বাৎপা মরম্না পোৎকী মায়কৈ অমতমক চুম্মী হায়না লৌরগা মায়কৈ অতৈবুদি থাজবা ঙমদে। মসিনা তাকপবু মখোয়না খঙদবদগী মতম পুম্নমক্তা ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণবু মখোয়গুম্বনি হায়না লৌরগা মখোয়না পুনীংবা অমা পুরে; অদুগা মখোয়না পুরিবা বারেপশিংদুদি শ্রীমদ্ভাগবতম্‌গী বা য়েংলুরগদি ওইথোক্তবা অদুগা প্রমাণিক ওইদবা ঙাক্নি।

### শ্লোক ৩৮

**এতদীশনমীশস্য প্রকৃতিস্থোঽপি তদ্গুণৈঃ।**
**ন যুজ্যতে সদা আত্মস্থৈর্যথা বুদ্ধিস্তদাশ্রয়া ॥৩৮॥**

### শব্দার্থ

এতৎ—মসি; ঈশনম্—ঐশ্বর্য্য ( মপু ওইবা ); ঈশস্য—ঈশ্বরগী; প্রকৃতিস্থঃ—প্রকৃতিদা লৈবা; অপি—বস্থ; তৎ-গুণৈঃ—প্রাকৃত গুণশিংনা; ন—নত্তে; যুজ্যতে—শন্নে; ( ন যুজ্যতে—শন্নদে; পরুদে ); সদা—মতম পুম্বদা; আত্ম-স্থৈঃ—আনন্দনচিংবা; যথা—অদুগুম্না; বুদ্ধিঃ—বুদ্ধি; তৎ-আশ্রয়া—মহৌন্দা হায়বদি ভগবান্দা চঙজবশিং।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মসিনি পরমেশ্বর ভগবান্‌গী ঐশ্বর্য্য হায়বহু। মহাক প্রাকৃতগুণ মরক্তা লৈররবসু গুণশিংহুনা মাবু খুহ্‌ম চল্লবা শোকপা ঙমদে। মতৌ অহুগুম্না মঙোন্দা চঙজরবা ভক্তশিংবুসু প্রাকৃত গুণশিংনা চঙবা ঙমদে।

নৈনয়োল

ঈশ্বরদা প্রাকৃত ওইবা করিমত্তা য়াওদে হায়বসি বেদ অমদি বৈদিকগ্রন্থশিংদা (শ্রুতি-স্মৃতিদা) হায়রি। মহাক্তি নিগুর্ণ-নি (প্রাকৃতগুম্না খুহুম চনবা ঙমদে) অহুগা চিন্ময়নি। হরি হায়বদি পরমেশ্বর ভগবান্দি প্রকৃতিগী বাংমদা লৈবা চিন্ময় পরমপুরুষনি। রাজমশিং অসিসু শঙ্করাচার্য্যনা য়ারিবনি। কনাগুম্বা অমনা য়েংলকপা য়াই, মহুদি—কৃষ্ণগা লক্ষ্মীশিংগা লৈনরিবা সম্বন্ধদো চিন্ময়-নিগুর্ণ হায়না লৌরসি, অহুবু প্রাকৃত গুণশিংগা শম্নবা যহুবংশদা মানা পোক্লুরবনিনা বংশহুগা লৈনরিবা সম্বন্ধনা কমদৌবা? অহুদগী অমুকসু প্রাকৃতগুণগা শম্নবা জরাসন্ধনচিংবা হিংচাবশিংবু মহাক্না হাৎলুবহুনা কমদৌবা? মখোয়শিংসিগী পাউখুমদি অসিনি মহুদি—পরমেশ্বর ভগবান্‌গী ঐশ্বর্য্যদি প্রাকৃতগুণশিংগা করিগুম্বা মতমদা শম্নবা লৈতে। তশেংবদি মহাক্না পুন্নমক্কী থোরকক্ষম ওইবা মরম্না মহাক অসিগুম্বা গুণশিংগা শম্নে, অহুমকপু গুণশিংসিনা মঙোন্দা করি-মতা তৌবা ঙমদে। মরমসিনা মহাকপু যোগেশ্বর হায়বদি সর্ব্বশক্তিমান্ হায়না খঙনৈ। মহাক্কী তত্ত্ব-খঙবা ভক্তশিংকাওববু প্রাকৃতগুণশিংনা করিমত্তা তৌবা ঙমদে। বৃন্দাবনগী মহান্ গোস্বামী তত্ত্বক অহু লোইনমক লৈরেবা অচৌ-অশাওগী য়ুমদা পোকপা ঙাক্তনি, অহুবু মখোয়না বৃন্দাবন্দা সন্ন্যাসীগী পুন্সি লৌহুনা লৈবা মতমদা মপাম্বোংদদি মখোয়হু য়াম্না অরাবা-নংলবা মীতা মান্থি, অহুবু তশেংবদি পারমার্থিক ওইবা মায়কৈদগী য়েংলগদি মখোয়মূক লৈরেবা অমা লৈরমজ্রে। অসিগুম্বা মহাভাগবত হায়বদি উত্তম ভক্তশিংদি মী মরক্তা লৈয়মবসু প্রাকৃতগুণ অহুমদগী থোরকপা মান (ঈকায়-খুম্নবিরকপা) নত্রগা অপমান (ঈকায়-খুম্নবিদবা), অরাম-খৌরাংবা নত্রগা অরামবা কোকপা, নিদ্রা (তুম্বা) নত্রগা তুমদবা হায়বা মরম ময়ামসিনা মখোয়গী চিন্তবু মোংহন্‌বা ঙমদে। মতৌ অহুগুম্না মখোয় থরদি সংসারিক কর্ম্ম তৌরবসু কর্ম্মহুনা মখোয়বু চিংথবা ঙমদে। পুন্সিগী অসিগুম্বা উদাসীনতা (থৌশা-বাশাদবা) লৈত্রবদি আখন্ন হায়বহু ওইবা য়াদে। ভগবান্‌গা মাগী পার্ষদশিংগাদি চপ-মান্নবা দিব্য ওইবনি অহুনা মখোয় থবকশিংবু ভগবান্‌গী অন্তরঙ্গাশক্তি যোগমায়া হায়বহুনা পবিত্র ওইহল্লি। ভগবদ্ভক্তশিংদি তৌথোরকপা মতমদা কুমথবগুম তৌরবসু মতম লৈবা খিবিক্তা প্রাকৃতগুণশিংগী বাংমদা লৈ। ভগবদ্ভক্তদি মমাঙৈঙদা তৌথিবা থবক্তা মরম ওইবদগী লৈথা তাবওই উরবসু মপুঙ ফানা ভগবান্দা ভক্তি লৈবা মরম্না মহাকপু মপুঙফানা নিগুর্ণ ওই হায়না লৌগদবনি হায়বসি ভগবদ্গীতানা হায়রি (৯/৩০)। ভগবান্দা ভক্তি তৌজবা মরম্না মহাকপু ভগবান্না মতম লৈবা খিবিক্তা ঙাকশেল্লী, মাগী কীভম ফত্তবশিংহু অহুক মতম থরতগী থোক্লুবা হায়বহুনি, মখোয়হু থুনমক মাঙখিগদবনি।

শ্লোক ৩৯

তং মেনিরেঽবলা মূঢ়াঃ স্ত্রৈণং চানুব্রতং রহঃ।
অপ্রমাণবিদো ভর্ত্তুরীশ্বরং মতয়ো যথা ॥ ৩৯ ॥

শব্দার্থ

তম্—মহাকপু (ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণবু); মেনিরে—খল্লী; অবলাঃ—নুপীশিংনা; মূঢ়াঃ—অপঙবা; স্ত্রৈণম্—নুপীনা শুম্বা; চ—অমসুং; অনুব্রতম্—তুংইন্‌বা; রহঃ—অচীকপদা; অপ্রমাণ-বিদঃ—মহি-মাগী ঙমথৈ খঙদবা; ভর্ত্তুঃ—মপুরোইবগী; ঈশ্বরম্—ঈশ্বর (শ্রীকৃষ্ণ); মতয়ঃ—বুদ্ধি; যথা—গুম্না।

মৈত্তৈলোন্দা হন্দোকপা

অপণ্ডবী মুপীশিংনা মখোয়গী মপুরোইবা শ্রীকৃষ্ণনা অচৌকপদা ঘখোয়গী তুং ইন্দুনদা লৈরম্মী অদুনা মহাকপুদি মখোয়না ঙম্মী (হায়বদি মুপীনা ঙম্বা মুপানি) হায়না খল্লম্মী। মখোয়না মবুঙোগী মহিমা কয়া চাউবগে খঙলমদে, মদুদি নাস্তিকশিংনা মহাকপু ঈশ্বরনি হায়না থাজদবগুম্।

নৈনরোল

ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী প্রাকৃত-নত্তবী মাহিষীশিংদুনফাওবা ভগবান্‌গী পাদয়বদা বারবা মহিমাবু মপুঙ ফানা খঙলমদে। মখোয়না খঙত্রিবসে মীয়ম্নেনগী মতৌ নত্তে, মরমদি ভগবান্‌গা মাগী নিত্য পরিকরশিংগা ভাব কোঙদোক্লবদা ভগবান্‌গী যোগমায়ানা তৌবা থবক থম্না য়াওরি। ভগবাম্না প্রাকৃত-নত্তবা (চিন্ময়) সম্বন্ধ থম্বসি মখল মঙানি, মদুদি—শান্ত, দাস্য, সখ্য, বাৎসল্য অমসুং কান্তারস; মখল খুদিংগী লীলাদা মহাক্না মাগী যোগমায়া কৌবী শক্তিগী মতেং লৌদুনা শান্নে। মহাক্না শত্রুম্নহাশিংগা অদুগা অর্জুনগুম্বা মরূপশিংগা মমান্নবদোনা লীলা তৌয়ি। মহাক্না যশোদাগী মফমদা মচানুপা অমগুম চপচানা চংলি, গোপীশিংগী মফমদা মখোয়গী কান্ত ওইনা চপচানা চংলি অদুগা দ্বারকাগী মহিষীশিংগী মফমদা চপচানা মবা মপুরোইবা ওইনা চংলী। অসিগুম্বা ভক্তশিংনা ভগবান্‌বু পরমেশ্বরনি হায়না খক খন্দে, অদুবু মখোয়না মহাকপু মমান্নবা মরূপনি, মুংশিবা মচানুপানি নত্রগা কান্ত নত্রগা মপুরোইবনি হায়না চপচানা খল্লী। মদুনি ভগবান্‌গা মাগী নিত্য-সিদ্ধ ভক্তশিংগা লৈনরিবা সম্বন্ধদি; মখোয়সিনা মশীংলাকঙমদবা বৈকুণ্ঠলোক ময়াম লৈরিবা পরব্যোম্‌দা ভক্তশিংসি মহাক্কী নিত্য পরিকর ওইনা লৈ। ভগবাম্না অবতার তৌরকপা মতমদা মাগী পরিকরশিংগা লোয়নরকই, মরমদি মদুম তৌরগা মীয়ম্নেনদা প্রকৃতিগী মপু ওইনীংবা হায়বদুগী রাথল মচেং অমফাওবা য়াওত্রবা ভগবানতবু বিশুদ্ধ প্রেমভক্তিদা নীংবা হায়বদু মপুঙ ফানা উৎপা য়াগনি। ভগবান্‌গী অসিগুম্বা ভক্তশিংসে লোয়নননক মুক্ত-আত্মা ওাক্লি—বহিরঙ্গা শক্তিগী রাংমদা লৈবা তটস্থা শক্তি নত্রগা অন্তরঙ্গা শক্তিগী মপুঙ ফাবা প্রতিনিধি ওাক্লি। লোয়নবা মতমদা ভাব চোইদনবা হায়দুমা ভগবান্‌গী ভালোইশিংবু যোগমায়ানা শীন্নাংদুনা ভগবানগী গুণমহিমা ময়ামদু কাউহল্লম্মী, অদুনা মখোয়না ভগবান্‌বু মুপীনা ঙম্বা মুপানি অদুগা অচৌকপা মফমদা মখোয়গী মতুঙ সুং-সুং নমদুনা ইল্লিবনি হায়না লৌরম্মী। অমরোমদা হায়রগা, ভগবান্ মশামক্কী পরিকরশিংমক্না মহাকপু মপুঙ ফানা খঙলমত্রবদা নাস্তিক কল্পনাগী মীতাশিংনা করম্না ভগবান্‌গী দিব্য মহিমাবু খঙগদৌরিবনো? কল্পনাগী মীতাশিংনা মাগী মাগী মত কয়া ভগবাম্না সৃষ্টিগী থোরককম অমদি সৃষ্টিগী পোৎচঙ হায়বদি সৃষ্টিগী নিমিত্ত অমসুং উপাদান কারণ (থোরককম) ওই হায়বগী মরমদা পুখোক্লরি; মত পুম্নমক অসি ভগবানগী মরমদা মপুঙ ফাবা জ্ঞান অমতা নত্তে। তশেংনা হায়বা ভারবদি মখোয়সে মীচম ময়ামগুম্না অপণ্ডবা ওাক্লি। ভগবান্‌বু খঙবদি ভগবান্‌গী কৃপাতনা খঙগদৌবনি, অদু নৎত্রবদি উপায় অতৈ অমনা মাবু খঙবা ঙম্মোই। ভগবান্‌গা মাগী ভালোইশিংগা লোইনরম্বদি বিশুদ্ধ প্রেম-ভক্তিনা য়ুম্ফম ওইরগা লোয়নরম্বনি মরমদুনা মাগী ভালোই পুম্নদো প্রাকৃত গুণা শোকপা ঙমদবা নিগুর্ণ ওাক্তনি।

অম্নীম্না ব্রহ্মসূত্রভাষ্য শ্রীমদ্ভাগবতম্‌গী অহানবা স্কন্ধদা শ্রীকৃষ্ণনা দ্বারকাদা খুংঙম্না কৌবা ভরামা-থোইশুবা অধ্যায় লোইয়ে।

# তরানিথোইশুবা অধ্যায়

## মহারাজ পরীক্ষিৎ পোকপা

শ্লোক ১

**শ্রীশৌনক উবাচ**
**অশ্বত্থাম্নোপসৃষ্টেন ব্রহ্মশীর্ষ্ণোরুতেজসা।**
**উত্তরায়া হতো গর্ভ ঈশেনাজীবিতঃ পুনঃ ॥ ১ ॥**

শব্দার্থ

শ্রীশৌনকঃ উবাচ—শ্রীশৌনক মুনিনা হায়রম্মী; অশ্বত্থাম্না—( দ্রোণগী মচানুপা ) অশ্বত্থামানা; উপসৃষ্টেন—থাদোরকপা; ব্রহ্মশীর্ষ্ণা—(ককওয়মত্রবা) ব্রহ্মাস্ত্রনা; উরু-তেজসা—অকন্বা তেজনা; উত্তরায়া—(পরীক্ষিৎকী মমা) উত্তরাগী: হতঃ—হাৎলবা; গর্ভঃ—গর্ভ; ঈশেন—ভগবান্না আজীবিতঃ—হিংগৎ-হন্বা; পুনঃ—অমুক হন্না ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীশৌনক-না হায়রম্মী—মহারাজা পরীক্ষিৎকী মমাবেম্মা উত্তরাগী গর্ভতু অশ্বত্থামানা কাপ্নকপা অকিবগী মশক ওইবা অমসুং কনামতনা থিংওমত্রবা ব্রহ্মাস্ত্রনা মাঙহল্লম্মী । অদুবু মহারাজা পরীক্ষিৎপু ভগবান্না কন্‌বিখি ।

নৈনরোল

নৈমিষারণ্যদা তিল্লম্বা মুনিশিংনা সূত গোস্বামীগী মফমদা মহারাজ পরীক্ষিৎ পোকপগী বা হংখি, অদুবু বারীতু লীথরকপদা দ্রোণগী মচানুপানা ব্রহ্মাস্ত্র কাপ্নকপা, মাবু অর্জুন-না দণ্ডি পীবা, মহারাণী কুন্তীগী প্রার্থনা, ভীষ্মদেবনা শরশয্যাদা চেপ্লম্বা মফমদা পাণ্ডবশিংনা চৎপা, ভীষ্মদেবগী স্তব, অদুগী তুংদা ভগবান্না দ্বারকা লেংবগী বারীগুম্বা বিষয় অতৈসু নৈনরম্মী । ভগবান্না দ্বারকাদা থুংলবা অদুগা লৈমা লীশীং তরাতররুচিংবগা লৈমিন্নবগী বারী লীপ্রে। বারী ময়ামসি তাবদা মুনিশিংতুগী পুক্নীং লুপ্লম্মী। অদুবু হৌজিক্তি হায়রগী হোৌদোকখিবা বিবরণোমদা পুক্নীং থিংজল্লম্মী। মতৌ অসুন্না শৌনক ঋষিনা বাহংখিবনি । মরমদুনা অশ্বত্থামানা ব্রহ্মাস্ত্র কাপ্নগী বাতু নোৌহোননা হোৌদোকপনি ।

শ্লোক ২

**তস্য জন্ম মহাবুদ্ধেঃ কর্মাণি চ মহাত্মনঃ ।**
**নিধনং চ যথৈবাসীৎ স প্রেত্য গতবান্ যথা ॥ ২ ॥**

### শব্দার্থ

তস্য —মহাক্কী (মহারাজ পরীক্ষিৎকী); জন্ম—পোকপা; মহাবুদ্ধেঃ—বুদ্ধি য়াম্না লৈবগী; কর্ম্মাণি —থবকশিং; চ—অমস্তুং; মহা-আত্মনঃ—ভক্ত অচৌবশিংগী; নিধনম্—শিবা; চ—অমস্তুং; যথা—শুম্না; এব —লেপ্পমক; আসীৎ—ওইখি; সঃ—মহাক; প্রেত্য—হকচাং থাদোক্লুনা; গতবান্—চৎখিবা; যথা— শুম্না।

মৈতৈলোন্দা ঋন্দোকপা

বুদ্ধি-লৈবা অমস্তুং মহাভক্ত ওইবা মহারাজ পরীক্ষিৎনা মতৌ করম্না গর্ভতুদা পোকখি ? মহাক মতৌ করম্না নোঙ্গাখি অদুগা নোঙ্গাব্রবা মতুঙদা মহাক করি করি তৌখি ?

নৈনরোল

(হৌজিক্কী দিল্লী) হস্তিনাপুর হায়বসিগী নিংথৌনা পৃথিবীগী নিংথৌ়েন ওইনরম্মী, মস্তুম্না ওইবসি মহারাজ পরীক্ষিৎকী মতম ফাওবনি। পরীক্ষিৎপু মমাগী গর্ভদা ভগবান্না কন্‌বিখি, মরমদুনা ব্রাহ্মণ মচা অমনা মুংঙাইখিদবদগী মতম চাদবা মশি শিবদগী মহাকপু কনবিবা য়ারম্বনি। মহারাজ পরী- ক্ষিৎনা শক্তি পায়বা হেক মতুঙদগী কলিযুগ হৌরম্বা মরম্না মহাবুদ্ধি অমস্তুং মহাভক্ত ওইবা মহারাজ পরীক্ষিৎতা শাপ তৌবদুদা কলিগী পুকচেল-শেরায়বগী অহান্‌বা থুদম উবা ফংডী। নিংথৌদি গতি-লৈতবা প্রজাগী রক্ষক-নি অমস্তুং মাগী মপাম্না প্রজাগী য়াইফবা, শান্তি অমস্তুং চাওখৎপা হায়বদু ওইগদবনি। লাইবকথীবা মরম্না, কলিযুগগী থৌইন্নিম্না, লাইবক-থীবা ব্রাহ্মণ মচা অমবু লাক্তদবা মহারাজ পরীক্ষিৎতা শাপ তৌনবা শীজয়খি। মরমদুনা নিংথৌদুনা মুমীৎ তরেৎনি শুবদা শিবা তারে হায়না শেম-শাখি। মহারাজ পরীক্ষিৎতি বিষ্ণুনা রক্ষা তৌবিবা অমনি হায়না থোইদোক হোন্দোক্লা থঙনরিবনি। মঙোন্দা মরম চাদনা ব্রাহ্মণ মচাদুনা শাপ তৌরম্বা মতমদা মহাক্লা মহাকপু কনবিমু হায়না ভগবান্‌গী থৌজাল নিজরম্বা য়াবনি, অদুবু মহাক নিনীংখিদে, মরমদি মহাক শুদ্ধ-ভক্ত অমনি। শুদ্ধ-ভক্তনা ভগবান্দগী মরমচাদবা মওংদা চান্‌বিনবা প্রার্থনা ৎক তৌদে। ব্রাহ্মণ মচাদুনা মঙোন্দা তৌরম্বা শাপ অদু মরম চাদবনি হায়বা মহারাজ পরীক্ষিৎনু মী অতৈনা থঙবগুম্না থঙলম্নিবনি, অদুবু মদু থিংনবা তৌবদি মহাক পামখিদে, মরমদি কলিযুগ হৌরে হায়বা অদুগা ব্রাহ্মণজাতিগী লৈখা তাবা হৌবা কৌবা কলিযুগগী থুদম অহান্‌বদু হৌরে হায়বদুনু মহাক থঙলম্মী। মহাক মতমগী খোঙলৈবু থিংবা পাম্নদে, অদুগী মহুত্তা মহাক থবাই হৈরাও হৈরাওনা অদুগা মতীক চাবা মওংদা শিরগে হায়না শেম-শারম্মী। লাইবক ফবনা, মহাক শিবগীদমক শেম শানবা য়ামত্রবদা মুমীৎ তরেৎনিদি ফংখি। মরম অদুনা মহাক্লা ভগবান্‌গী ভক্ত মহর্ষি শুকদেব গোস্বামীগা সক্ত তৌদুনা মতম অদু শীজয়খি।

শ্লোক ৩

**তদিদং শ্রোতুমিচ্ছামো গদিতুং যদি মন্যসে।**
**ব্রূহি নঃ শ্রদ্দধানানাং যস্য জ্ঞানমদাচ্ছুকঃ ॥ ৩ ॥**

### শব্দার্থ

তৎ—মদুপুম্বা; ইদম্—মসি; শ্রোতুম্—নাকোঙনা তাবা; ইচ্ছামঃ—পামজৈ; গদিতুম্—লীবিগে হায়না; যদি—বদি; মন্যসে—নীংবা; (যদি মন্যসে—নীংলবদি); ব্রূহি—হায়বিয়ু; নঃ—ঐখোয়দা; শ্রদ্দধানানাম্—ঈকায়থোক্লজরিবা; যস্য—মহাক্কী; জ্ঞানম্—খঙবা (আত্মতত্ত্বকী); অদাৎ—তাকপিরম্মী; শুকঃ—শুকদেব গোস্বামীনা।

মৈত্তৈলোন্দা হন্দোকপা

**শ্রীশুকদেব গোস্বামীনা তত্বজ্ঞান তাকপিখিবা মহাক অদুগী (মহারাজ পরীক্ষিৎকী) মরমদা ঐখোয় শ্রদ্ধাগা লোয়ননা নাকোঙনা তাজনীংঙী। থৌজানবিদুনা মদু তাকপীয়ু।**

নৈনরোল

শুকদেব গোস্বামীনা মহারাজা পরীক্ষিৎতা মপুন্সিংগী লৈহৌরিবা মুমিৎ তরেৎনীগী মনুংদা তত্বজ্ঞান তাকপিখি, অদুগা মহারাজা পরীক্ষিৎনা থবাই-য়াওবা পড়োবান্ অমগুম্না চপচানা শ্রবণ তৌখি। শ্রীমদ্ভাগবতম্বু থম্মোই শেংনা শ্রবণ অমদি কীর্ত্তন অসুম্না তৌবগী ফলদি শ্রোতা অমদি বক্তা অনীমক্না চপ মান্নানা ফংঙী। মখোয় অনীমক কান্নবা ফংঙী। ভক্তি অঙ্গ মখল মাপলগী বা ভাগবতম্দা হায়রিবসি লোইনমক নত্রগা থরদং নত্রগা অমতংদা ওইরবসু চপ-চানা পাঙথোক্লবদি অদুম চপমান্নানা কায়ে।

মহারাজা পরীক্ষিৎকা শুকদেব গোস্বামীগা অনীসি অহান্বা মকোক ওইনা পল্লিবা শ্রবণ অমদি কীর্ত্তন হায়বা ভক্তি-অঙ্গ অনীসি চপচানা তৌবা মীনি, মরমদুনা মখোয়নীমক মখোয়গী থাগৎনঙাই ওইবা থৌদোক্তুদা মায় পাকপা ওইখি। আত্মা-উপলব্ধি হায়বদু অসুম্না নীংথিজনা শ্রবণ অমদি কীর্ত্তন তৌরদদা ফংগদবনি, অদু নৎত্রগদি ওইরোই। কলিযুগ অসিদা গুরু অমসুং শিষ্য জাত্তা অমা লৈ, মখোয়না মশা মশাবু ময়ামদা য়াম্না শন্দোকয়ি। গুরুসিদগী থোরকপা বিজুলিগী ঈচেল অমা শিষ্যদুগী মশাসুংদা পারমার্থিক শক্তি অমা কাপশল্লী হায়না অদুগা শিষ্যদুনসু বিজুলি শাফুদু ফংঙী হায়না মখোয়না হায়। শিষ্যনা জ্ঞান মাঙতুনা বাম্বে অদুগা গুরুদুনা মহাকী পরমার্থগী মরল ময়েং তাপ্রে হায়না মপি তানা কপ্পী। অসিগুম্বা ওইদবগী প্রচারসি যুগ অসিদা তৌনরি অদুগা গতি-লৈতবা মীচম ময়াম্না প্রচারসিগী লাংদা থুরি। অসিগুম্বা থুরুং-বারীদি শুকদেব গোস্বামীগা মাগী মতীকচাবা শিষ্য মহারাজা পরীক্ষিৎকা তৌনরিবা অসিদা য়াওদে। মুনিদেবসিনা ভক্তিগা লোয়ননা শ্রীমদ্ভাগবতম্ আবৃত্তি তৌরম্মী অদুগা নিংথৌরেন্দুনা নীংথিজনা শ্রবণ তৌরম্মী। নিংথৌদুনা গুরুদগী বিজুলি-শাফু অমতা ফংখিদে অদুগা গুরুদগী জ্ঞান ফংবা মতমদা মহাক জ্ঞান মাঙতুনা বাম্বখিদে। মরমসিনা বৈদিক জ্ঞানগী ওইদনা অওইবা-শাবা প্রতিনিধি থরনা তৌরিবা প্রচারগী লাংদা থুদনবা চেকশনগদবনি। নৈমিষারণ্যগী মুনিশিংনা মহারাজা পরীক্ষিৎকী মরমদা শ্রদ্ধা য়াওনা শ্রবণ তৌরম্মী মরমদি, মহাত্মা শুকদেব গোস্বামীদগী জ্ঞান লৌহৌবা মতমদা থবাই য়াম্না য়াওনা শ্রবণ তৌখি। মতীক-চাবা গুরুদগী থবাই-য়াওনা শ্রবণ তৌবতনা পারমার্থিক জ্ঞান ফংবগী উপায়নি, হঠযোগনচিংবা অতৈ উপায়না কান্নবা ফংলোই। শ্রবণ হায়বা উপায়সে য়াম্না লায়বা উপায়নি। অদুবু থবাই-য়াওবা মীতাদনা ফংনীংবা ফল অদু ফংবা ঙমগনি।

শ্লোক ৪

**সূত উবাচ**

**অপীপলদ্ধর্ম্মরাজঃ পিতৃবদ্রঞ্জয়ন্ প্রজাঃ।**
**নিঃস্পৃহঃ সর্ব্বকামেভ্যঃ কৃষ্ণপাদানুসেবয়া॥ ৪॥**

শব্দার্থ

সূতঃ উবাচ—শ্রীসূত গোস্বামীনা হায়খি; অপীপলৎ—য়োকখি; ধর্ম্মরাজঃ—ধর্ম্মরাজ যুধিষ্ঠির; পিতৃবৎ—মপাবুং শুন্না; রঞ্জয়ন্—পেলহন্দুনা; প্রজাঃ—প্রজাশিংবু; নিঃস্পৃহঃ—মশাগী অপাম্বা অমা লৈতবমখৈ; সর্ব্বকামেভ্যঃ—অপাম্বা পুম্নমক্তগী; কৃষ্ণপাদ—শ্রীকৃষ্ণগী খোঙথম্বাল; অনুসেবয়া—ৎতনা তৌবা সেবানা (ৎতনা নীংশীংবনা)।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীসূত গোস্বামীনা হায়রম্মী—ধর্ম্মরাজ যুধিষ্ঠিরনা পান্‌বা মতমদা প্রজা পুম্নমকপু পেলহল্লগা য়োকখি-ঙাকখি। মহাক মপাবুংগা চপমান্নবা চৎলম্মী। মশাগী অৱাংবা আশা অমত্তা লৈরমদে, অতুনা মহাক্না ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী খোঙ থম্বাল অতুত্তবু তংতনা নীংশিংজরম্বা মরম্না ইন্দ্রিয়-পেম্নবা অপাম্বা খুদিংমক মঙোন্দা চঙবা ঙম্মদে।

### নৈনরোল

ঐখোয়না ভূমিকাদা হায়খিবগুম্না—"জগৎকী ৱারিবা মীওইবশিংগী অৱাবা কোক্লবগীদমক্তা মীওইবগী সমাজদা কৃষ্ণতত্ত্ব খঙদবা য়াদে। জাতি পুম্নমক্কী নেতাগী মশক ওইবা মীতা পুম্নমক্না মখোয়গী য়াইফনবগীদমক, সমাজগী য়াইফনবগীদমক, জগৎবাসী পুম্নমক্কী য়াইফনবগীদমক শ্রীকৃতকৃষ্ণত্ত্ব খঙননবা হায়তুনা মখোয়দা ঐখোয়না হায়জরি।" ৱাফমসি য়াইফনবগী মশক ওইবা মহারাজ যুধিষ্ঠিরগী মতৌনা খুদম ওইতুনা তাক্লি। ভারত লৈবাক্তা মী খ্বাইনা রামরাজ্যবু পাম্মরি মরমদি ভগবান মশামক্না আদর্শ রাজা (ফিদম্নঙাই নিংথৌ ওইরম্মী) অতুগা ভারতকী নিংথৌ হায়বদি নিংথৌরেন্‌শিংনা পৃথিবীদা পোক্লম্বা মী খুদিংমক্কী য়াইফনবগীদমক পৃথিবীগী লাইবক থৃজি পায়রম্মী। মফমসিদা 'প্রজা' শব্দসি থম্ননিঙাই অমনি। ৱাহৈসিগী ব্যুৎপত্তিগত (থোরকফম) অর্থদি 'পোক্লিবা অতু' হায়বনি। পৃথিবীসিদা জলজন্তুদগী হৌরগা মীওইবা জীব ফাওবা লৌরগা জীব জাৎ কয়া য়ামগ্রে। মখোয় লোইনমকসে 'প্রজা' হায়না খঙনৈ। ঐখোয়গী ব্রহ্মাণ্ডসিগী শেম্নকপা মপু (সৃষ্টি কর্ত্তা) ভগবান্ ব্রহ্মাবু 'প্রজাপতি' কৌই মরমদি ব্রহ্মাণ্ডসিদা পোক্লিবা ঐখোয় পুম্নমক্কী মহাক মবুথৌ পুরেম্নি। মতৌ অসুম্না প্রজা শব্দসি হৌজিক শীজম্নরিবা অর্থদগী হেন্না পাকপা অর্থদা শীজম্নৈ। নিংথৌদি জলজন্তু, পাম্বী-পামেল, পূক্না শীৎপা জীবশিং, উচেক-ৱায়া, শা-কৈ অমদি মী—পুম্নমক্কী লৈবনি। জীব পুম্নমকসে পরমেশ্বর ভগবান্‌দগী থোকপা ঙাক্তনি (ভগবদ্গীতা ১৪।৪)। অতুগ নিংথৌনা পরমেশ্বর ভগবানগী মহুৎশিনবা (প্রতিনিধি) ওইবা মরম্না মখোয় খুদিংমকপু ঙাকশেন্দুনা য়োক্পা হায়বসি তৌদবা য়াত্রবা মথৌনি। মসি হৌজিক্কী অধর্ম্মগী শাসন মতাগী ৱাষ্ট্রপতি অমদি স্বৈরশাসক (Dictator) শিংগী ৱা নত্তে, হৌজিক্কালগী শাসন মতৌদি অৱাংবা থাক্কী শাশিংদমক ঙাকশেল্লী অতুগা হন্থবা থাক্কী শাশিংবুদি ঙাকশেন্দে। ৱাফমসি খঙগদবদি কৃষ্ণজ্ঞান ফংলবা মীতনা খঙগদবনি। কৃষ্ণতত্ত্ব খঙবা মীতনা পৃথিবীগী খ্বাইদগী হেন্না মপুঙফাবা হায়বদি মতীকচাবা মী হায়বতু ওইবা ঙমগনি। কৃষ্ণতত্ত্ববু খঙত্রবদি বিশ্ববিদ্যালয়গী স্নাতক ওইবগী গুণশিংতু অরেম্বদা মাঙজ গদবনি। মহারাজ যুধিষ্ঠিরদি কৃষ্ণতত্ত্বসি মুন্না খঙলম্মী, মরমদি নৈনরিবা শ্লোক অসিদদা যুধিষ্ঠিরদি কৃষ্ণতত্ত্ব তত্তনা নৈনবনা হায়বদি ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণদা তত্তনা ভক্তি সেবা তৌবনা লৈপাক শাসন করম তৌগদগে হায়বতুগী গুণ খিবিক্তো চেল্লম্মী। কনাগুম্বা মপা ওইবা মী অমনা মপাম্বোংদা য়েংবদা মচাগী মফমদা করিগুম্বদা তমথিবা চৎপা য়াই, মতুনা মপাদো মপা ওইবগী গুণ চেন্দ্রে হায়বদি য়ারোই। মপা হায়বসিদি মতম পুম্বদা মপা ওইতুনা লৈ মরমদি মাগী থম্মোইদা মচাগী ফনবদা থল্লী। মপানা মচা খুদিংবু মঙোন্দগী হেন্না ফগৎপা মী ওইহন্নীংঙী। মরমতুনা মহারাজ যুধিষ্ঠিরগুম্বা নিংথৌনা ধর্ম্মগী মূর্ত্তি ওইনা চোংথোকপা মরম্না মাগী শাসন মথাদা লৈবা খুদিংমকপু, থোইদোক হেন্দোক্না জ্ঞান হেন্না লৈরবা মীওইবা জাত্তিবু, ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী ভক্ত ওইহন্নীংঙী, মরমদি মতুতনা জীব খুদিংমক্না সংসার-মৈচাক লাম্থোকপা ঙমগনি। মাগী শাসনগী ৱা হায়ববু প্রজা পুম্নমক্কী করগা লোইরে, মরমদি ধর্ম্ম-মূর্ত্তি ওইনা লৈবা মহাকনিনা প্রজাশিংগী অফবা করিনো হায়বতু মহাক চপ চানা খঙলম্মী। নীতি অসিগী

তুংইন্না মহাক শাসন চালাইরম্মী, মশাগী ইন্দ্রিয় পেল্লগা লোইরে হায়বা রাক্ষসি-নীতিদা চালাই-রমদে। কিদমগুাই নিংথৌ অমা ওইনা মহাক্কী লন্নাই-ওইবা অরাংবা আশা থনমদে, অদুগা মাগী শাসন মতোৌদা ইন্দ্রিয় পেল্লবকী হা য়াওরমদে, মরমদি মাগী ইন্দ্রিয় পুম্নমক ভগবান্গী সেবাদা শীজন্নরম্লে; ভগবান্দা তৌবা সেবাসিদা জীবশিংগী মফমদা তৌগদবা সেবাসু য়াওরবনি, মরমদি জীবশিংসি ভগবান্ কৌবা পোৎ মপুমথুগী মচেৎ খরদনি (অংশনি)। মপুম্বু থৌশাদথুনা মপুমগী শরুক খরদা সেবা তৌবদি অরেম্বদা মতম অমসুং নামৎ মাঙজরবনি, মথুদি কনাগুম্বা উপাস্বীগী মকুদা ঈশীং চাইত্রগা উনাদা চাইবগুম্বনি। মকুদা ঈশীং চাইরবদি উনাশিংথু মথন্তা ফজনা তেক-খৎলকই, অদুগা উনাদদমক ঈশীং চাইরবদি নামৎ পুম্নাঙ মাঙজী। মরমথুনা মহারাজ যুধিষ্ঠিরনা অতৎপা নাইদবমথৈ ভগবান্গী সেবা তৌখি, মতৌ অসুম্না মানা শাসন তৌরম্বা জীব পুম্নমক ভগবানগী অংশ ঙাক্লিনা মথোয়গী ইহলোকসিদা মুংঙাইনবা অদুগা পরলোক্কী অকারম কংননবা মথোয়গীদমক পূক্নীং চপ চানা থিংজনখি। মথুনি রাষ্ট্র শাসন চপচানা তৌবা হায়বথু।

## শ্লোক ৫

**সম্পদঃ ক্রতবো লোকা মহিষী ভ্রাতরো মহী।**
**জম্বুদ্বীপাধিপত্যংচ যশশ্চ ত্রিদিবং গতম্ ॥ ৫ ॥**

### শব্দার্থ

সম্পদঃ—লল; ক্রতবঃ—যজ্ঞময়াম; লোকাঃ—তুংদা ফংলুগদবা সত্যলোকনচিংবা লোকময়াম; মহিষী—নিংথৌগী তালোই লৈমশিং; ভ্রাতরঃ—মচিন্মনাও; মহী—পৃথিবী; জম্বুদ্বীপ—ঐথোয়না লৈরিবা লমদমগী মিং; অধিপত্যম্—মপু ওইবা; চ—সু; যশঃ—মিংচৎ; চ—অমসুং, ত্রিদিবম্—স্বর্গ; গতম্—ফংবা হায়বদি শন্দোক্লবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ধর্ম্মরাজ যুধিষ্ঠিরগী লন্থুম ময়াম, যজ্ঞ ময়াম, যজ্ঞগী ফল ওইনা তান্শন্বা পুণ্যলোক (পম্থুংফম) ময়াম, লৈমশিং, (ভীমসেন্নচিংবা) মনাও ময়াম, মানা শাসন তৌরম্বা পৃথিবী, জম্বুদ্বীপকী মপু ওইবা অমদি স্বর্গয়ৌনা শীন্থুংবা মিংচৎ—অসি পুম্নমক লৈরম্মী।

### নৈনরোল

লল্লেবা অমসুং অচৌবা মীগী মিংগা মিংচৎকদি পৃথিবী পুম্বদা থঙনৈ; মহারাজা যুধিষ্ঠিরগী মিংগা মিংচৎকসু মহাক্কী অফবা শাসন, মরল মথুম্, গুণ-চেন্বী দ্রৌপদী কৌবী মহিষী, মনাও ভীম-অর্জুন-থোইগী মপাঙ্গল, জম্বুদ্বীপ হায়না থঙনবা পৃথিবী পুম্বগী মবুংঙো ওইবা—ময়াম-সিনা মরম ওইথুনা পুণ্য লোক ময়াদসু য়ৌরম্মী। মফমসিদা 'লোকা' হায়বসি খন্নঙাই ওইবা শব্দনি। প্রাকৃত আকাশ অমদি পরব্যোম কৌবা অপ্রাকৃত আকাশ অনীসিদা পুণ্য লোক মখল মখল য়াম্না লৈ। হন্দক্কী মপোক্কা তৌবা থবক্কী মপান্না কনাগুম্বা অমনা পুণ্যলোকশিং য়ৌবা ঙমগনি হায়বসি ভগবদগীতানা হায়রি (৯/২৫)। মফমশিংথুদা নমথেক্তুন হেক্তা চঙবা য়াদে। প্রাকৃত বৈজ্ঞানিক অদুগা অভিযন্তা (Engineers) পীকক্রশিংসিনা আকাশদা মাইল লীশীং খরদং কোয়না চৎননবা দোলাই কয়া পুথোরক্লবসু পুণ্য-লোকশিংসিদা চঙবা য়াহল্লোই। মথোয়গী পাম্বৈশিংসিনা পুণ্যলোকশিংথুদা য়ৌননবা পাম্বৈ নত্তে। অসিগুম্বা মুংঙাইকম ওইবা লোকশিংদা চঙগে হায়নবদি যজ্ঞ অমসুং ভক্তিসেবানা মতীকচাবা

মী ওইগদবনি। পুন্সিগী খোঙথাঙ খুদিংদা পাপ তৌবা মীতাশিংনা হয়েংমুক্কী মপোক্তা তোন্নবা শা ওইনা পোকনি অদুগা সংসার মৈচাকশিংদু হেন্না হেন্না চাকুনা বাকপনি; বাকমসিদু ভগবদগীতাদা হায়রি (১৬/১৯)। মহারাজা যুধিষ্ঠিরগী যজ্ঞশিংদু অদুগা মণ্ডপশিংদু কয়ামুক বাংথরবগে হায়ববু অবাঙবা লমদমগী লোকবাসীশিংনা মহাকপু মখোয়গুম্বা অমা ওইনা তরাম তরাম ওকদৌবগী ডাইরম্মী।

## শ্লোক ৬

**কিংতে কামাঃ সুরস্পার্হা মুকুন্দমনসো দ্বিজাঃ।**
**অধিজহ্রুর্মুদং রাজ্ঞঃ ক্ষুধিতস্য যথেতরে॥ ৬॥**

## শব্দার্থ

কিম্—করি; তে—মখোয়দু; কামাঃ—ইন্দ্রিয়না ভোগ তৌনবা পোৎচৈশিং; সুর—স্বর্গবাসী লাইশিংগী; স্পার্হাঃ—অপাম্বা; মুকুন্দমনসঃ—মুকুন্দদবু খল্লিবা মাগী; দ্বিজাঃ—হে ব্রাহ্মণশিং; অধিজহ্রুঃ—পেলহন্‌বা ঙমখি; মুদম্—নুংঙাইবা; রাজ্ঞঃ—নিংথৌগী; ক্ষুধিতস্য—চা ক্লাম্বা মীগী; যথা—গুম্না; ইতরে—পোৎ অতৈনা।

## মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অদুবুনে হে ব্রহ্মন্, চাক্তমক-পাম্বা চাক্লাম্বা মীগী অরাম্বদু কোক্নবা চাক নত্তনা মাল্যচন্দনচিংবা অতৈ করিমতনা মাবু পেলহন্‌বা ঙমদবগুম্না স্বর্গবাসী দেবশিংনা মীহৌরবা লম্মুমশিংনা কৃষ্ণতবু খন্‌জরম্বা ধর্ম্মরাজদুবু পেলহন্‌বা ঙমখিদে।

## নৈনরোল

জীবশিংবু পেলহন্নবা পোত্তা অনীখক্তং জগত্তা লৈ। মায়া-লাংদা থুরবা মীগী ইন্দ্রিয় পেল্লগা লোইরে অদুগা মায়িক গুণ অহুমদগী লান্‌বগী খুদম কংলবা মীনা ভগবান্‌গী পেন্নবা ভগবান্দা প্রেম সেবা তৌরগা পেঞ্জে। মসিগী অর্থদি জীব হায়বসে মাগী স্বরূপ মতুঙ ইন্না সেবক-নি (সেবা তৌবা মীনি) অদুগা সেব্য (সেবা তৌফম) নত্তে হায়বনি। মায়া-লাংদা থুবা মরম্না কনাগুম্বনা শেরান্নবা মশাবু সেব্য-নি হায়না খল্লী, তৌইগুম্বমতং তশেংনা হায়রগদি মহাক সেব্য নত্তে, মদুগী মহুত্তা কাম (অপাম্বা), ক্রোধ (অশাউবা), লোভ (মীপোৎ মীহৌবা), মদ (নাপলময়াই কাবা), মাৎসর্য (কলক-থম্বন্‌বা) হায়বা ইন্দ্রিয়শিংসিগী মনাই ওইদুনা লৈ। পারমার্থিক জ্ঞান কংলগা মাগী ইন্দ্রিয়শিংগী অচুম্বা কীভমদা লৈরবা মতমদা জীবনা মহাক্নে প্রাকৃত জগৎসিগী মপু নত্তে হায়বা অদুগা মানা লৈরুবা কীভমদি ইন্দ্রিয়শিংগী মনাই ওইবা কীভম্নি হায়বা অদু খঙজরকয়ি। মতমদুদা মহাক্না ভগবান্‌গী সেবা কংজগে হায়না নিজরকয়ি, মতৌ অদুম্না মায়াগী নুংঙাইবা হায়বদুনা মাবু গুম্বহৎপা ঙমজ্রবনিনা মহাক তশেংবা নুংঙাইবা হায়বদু কংজরকয়ি। মহারাজা যুধিষ্ঠিরসু মুক্তাত্মা অমনি, মরমদুনা অচৌবা রাজা, অকবী মহিষী, হায়বা-ইন্‌বা মনাৎশিং, নুংঙাইবা প্রজাশিং অমসুং চাওথংলবা পৃথিবী মরামসিনা মাবু পেলহন্‌বা ঙমমদে। হায়রিবা মরামসে শুদ্ধভক্তগীদমক্তি মচাক্লা পানুব্রবসু অদুম মথোকচরকয়ি। মকমসিদা পীরিবা খুদমসে চপচাবা খুদম্নি; মদুদি—চাক্লাম্নবা মীবু চাক নত্তবা পোৎ অতৈনা পেলহন্‌বা ঙমদে।

প্রাকৃত জগৎ পুম্বসি অরাম থৌরাংলবা জীব ডাকুনা পুঙথল খল্লী। অহাউবা চীজাকীদমক মুম-কৈন্দীদমক নত্রগা ইন্দ্রিয় পেন্নবগীদমক ওইবা অরাম্বদু নত্তে। পরমার্থগী ওইবা ইরাং অমবু

ফংনবগী অরাম্বহুনি। খণ্ডনবদগী জীবশিংনা খল্লিবদি জগৎনা পেন্বা যংত্রিবসে চাবা- মরাংকায়দবনা, য়ুম-কৈ য়াৎপনা, অকিবদগী ঙাক-শেন্নবা থৌরাং য়াৎপনা অদুগা ইন্দ্রিয় পেন্নবা পোৎলম য়াৎপনা মরম ওইবনি হায়রবসিনি। মসিবু মায়া কৌয়ি। জীবনা আত্মাগী পেন্নবগীদমক পান্নগা প্রাকৃত ওইবা পোৎ পান্বননি হায়জনবীরে। অহাউবা পোৎ ঙাক মবুক থন্না চারবা মীশিংগী অরাম্বা অমা লৈরি হায়রবসে অপঙবা নেত্তাশিংনা উবা ফংদে। ঐখোয়গী অরাম্বা করিনো অদুগা লন্নে-তবা হায়বহুনা করিনো? মখোয়গী অরাম্বদি ত্তং‍‍বমক পারমার্থিক ওইবা চৌঙ্গাক, পারমার্থিক ওইবা য়ুম-কৈ, পারমার্থিক ওইবা অকি-কোকপা, অদুগা পারমার্থিক ওইবা ইন্দ্রিয়গী মপেন অদুগী-দমক লাম্বহুনি। মসি পূর্নমক্সে পরমেশ্বর পরমাত্মা ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগা সঙ্গ তৌরগদা ফংগদবনি, মরমসিনা হায়রিবা পোৎতাশিংসি লৈরবা মীতাশিংবুদি স্বর্গবাসীশিংগী পুক্লীং চুবা ঙম্বা প্রাকৃত জগৎকী চৌঙ্গাক, য়ুম-কৈ, অকি-অখণ্ড কোক্লবা পান্থে অমদি ইন্দ্রিয় পেনবা হায়রবা খিবিক্লিনা চিংবা ঙম্মরোই। মরমহুনা ভগবদ্গীতাদা হায়রি (৮।১৬) মহুদি—বিশ্বব্রহ্মাণ্ডগী খ্বাইদগী য়াংনা লৈবা ব্রহ্মলোক কৌবা লোক অদুদসু মীওইবগী শীঙলাক্তা চহী লীশীং লীশীং পুন্সিহুনা লৈবা ফং-লবসু জীবগী অরাম্বা হায়বহুমদি সুকোক কোকপা ঙম্মরোই। অরাম্বসি কোকদবদি জীবহুনা ব্রহ্ম-লোক অদুদগী হেন্না হেন্না লাপ্পা মথক্লোঙদা লৈরিবা পরব্যোমদা ভক্তদা মুক্তি পীনহৈবা ভগবান্ শ্রীমুকুন্দগী নাক্তা লৈরুরগদা কোকদবনি।

শ্লোক ৭

**মাতুর্গর্ভগতো বীরঃ স তদা ভৃগুনন্দন।**
**দদর্শ পুরুষং কঞ্চিদ্দহ্যমানোঽস্ত্রতেজসা ॥ ৭॥**

শব্দার্থ

মাতুঃ—মমাগী; গর্ভগতঃ—গর্ভদা লৈবা; বীরঃ—অথৌবা; সঃ—মহাক (পরীক্ষিৎ); তদা—মতমদুদা; ভৃগুনন্দন—হে ভৃগুগী মপারি; দদর্শ—উখি; পুরুষম্—ভগবান্বু; কঞ্চিৎ—কনাগুম্বা অমবু; দহ্যমানঃ—চাক্লবা; অস্ত্র—ব্রহ্মাস্ত্রগী; তেজসা – মৈশানা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে ভৃগুমুনিগী মপারি (শৌনক), অঙাং পরীক্ষিৎ অথৌবনা মমা উত্তরাগী গর্ভদা লৈরিঙৈদা (অশ্বত্থামানা থারকপা) ব্রহ্মাস্ত্রগী মৈশানা চাক্লুনা বারিঙৈ মতমদা পুরুষ অমবু (ভগবান্বু) উখি।

নৈনরোল

মী শিবা হায়বহুগী মমুঙদা থা তরেৎ মূর্চ্ছা লৈনৈ। জীব অমবু মাগী কর্ম্ম ফল মতুংইন্না মপা অমগী ঔরসদা মমাগী গর্ভমুংদা চঙহল্লী। মহুম তৌরগা জীবহুগী অপাম্বা হকচাঙ ওইখৎলকই। হৌখিবা পুন্সিদা তৌরকপা থবকী মতুঙ ইন্না জীবনা থোইদোকপা হকচাঙ ফংহুনা পোকপগী বায়েন্নি মসি মূর্চ্ছাদগী হৌগৎলবা মতমদা (হায়বদি জ্ঞান তারক্লবদা) গর্ভমুংদা লৈবগী মুংঙাইতবহু ভাব তারকই, অদুনা গর্ভমুংদগী থোরকপা পামজে, মরায়বক করগনা করিগুম্বদা মহাক্না ভগবানদা মমাগী গর্ভদগী থোকহনবিরো হায়না প্রার্থনা তৌজে। মহারাজ পরীক্ষিৎতো মমাগী গর্ভদা লৈরিঙৈদা অশ্বত্থামানা থারকপা ব্রহ্মাস্ত্রনা পানখি অদুনা মৈচাকী মৈশা লাংখি। অদুবু মহাশক্তি ভগবান্গী ভক্ত ওইবনিনা ভগবান্না থুদক্তা গর্ভমুংদা পরীক্ষিৎকী মমাঙদা দর্শন পীখি। অদুগা কনানো

অমনা রক্ষা তৌবিগে হায়না লাকপিরে হায়না অঙাংহুনা উখি। গভি-লৈত্রবা দশাহুনকাওবা অঙাং ওইবা পরীক্ষিৎনা খাণ্ডমত্রবা মৈশাহু খাওখি মরমদি মহাক মহৌশানা লাম্নৌবা মী অমনি। মরমসিনা 'বীর' হায়বা শব্দসি শীজন্নরিবনি।

শ্লোক ৮

অঙ্গুষ্ঠমাত্রমমলং স্ফুরৎপুরটমৌলিনম্।
অপীব্যদর্শনং শ্যামং তড়িদ্বাসসমচ্যুতম্ ॥ ৮ ॥

শব্দার্থ

অঙ্গুষ্ঠ—খুবীমুক্তা রাংবা; মাত্রম্—হুত্তা; অমলম্—মক্তবা; স্ফুরৎ—লংলবা; পুরট—সনা; মৌলিনম্—লুহুপ; অপীব্য—য়াম্না ফজবা; দর্শনম্—য়েংবদা; শ্যামম্—শংবান্নবা, মুরৈনবা; তড়িৎ—নোংথাং মচুগী (নাপুগী); বাসসম্—ফিজোল; অচ্যুতম্—লেঙদবা, হোংবা-নাইদবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাক্তো (ভগবান্দো) খুবীমুক্তা রাংবনি, অদুবু মহাক অমল-নি (মক্তবা শকফম্নি)। মাগী য়াম্না ফজবা মুরৈনবা হোংবা নাইদবা দেহ লৈরম্মী, অদুগা মহাক নোংথাংগী মচু মানবা নাপু মচুগী বেশ অদুগা লংত্রিক-লংবা সনাগী লুহুপ থোক্লম্মী। মওং অসিদা মহাকপু অঙাংহুনা উজখি।

শ্লোক ৯

শ্রীমদ্দীর্ঘচতুর্বাহুং তপ্তকাঞ্চনকুণ্ডলম্।
ক্ষতজাক্ষং গদাপাণিমাত্মনঃ সর্ব্বতোদিশম্।
পরিভ্রমন্তমুল্কাভাং ভ্রাময়ন্তং গদাং মুহুঃ ॥ ৯ ॥

শব্দার্থ

শ্রীমৎ—ফজরবা; দীর্ঘ—শাংবা, খুকউ কাওবা চোম্নবা; চতুর্বাহুম্—খুৎ মরি লোঙবা; তপ্ত—মৈ-য়িক্লবা; কাঞ্চন—সনা; কুণ্ডলম্—নাইন; (তপ্তকাঞ্চনকুণ্ডলম্—মৈয়িকপা সনাগী কুণ্ডল-নাইন থোনবা); ক্ষতজাক্ষম্—ঈ-কারবা মীৎনা লৈত্তেংবা; গদাপাণিম্—খুত্তা গদা পায়বা; আত্মনঃ—মশাগী; সর্ব্বতঃ-দিশম্——মায়কৈ পুম্বদা; পরিভ্রমন্তম্—কোয়না চৎপা; উল্কাভাম্—উল্কাগুম্না; ভ্রাময়ন্তম্—হুরু হুরু লৈহুনা লৈরম্বা; গদাম্—গদাবু; মুহুঃ—তৎতনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

পুরুষ অদু খুকউ-কাওবা চোনবা খুৎ-মরি-লোঙবনি, মৈয়িক্লবা সনাগী কুণ্ডল-নাইন থোনবনি। অদুগা শাউবদগী ঈ-কাহুনা ভাঙশং-ভাঙলবা মীৎনা মাগী ওইরম্মী। মানা কোয়চৎ চৎপদা মাগী গদাহুনা মশাগী মায়কৈ পুম্বদা হাইরম্বহুদা উল্কা মান্না লংলম্মী।

নৈনরোল

ব্রহ্মসংহিতাদা হায়রি (অধ্যায় ৫), মহুদি—পরমেশ্বর ভগবান্ গোবিন্দনা, মাগী অংশ অমা ওইনা, ব্রহ্মাণ্ডগী মনুঙদা চংঙী অদুগা মশামকপু পরমাত্মা ওইনা জীব খুদিংগী থমোই মনুঙদদা মত্তনা প্রকৃতি পোৎচাকশিংগী লৈচেং (অণু-পরমাণু) খুদিংগী মনুঙদা য়েম্বোক্লুনা চংঙী। ঐখোয়না

খনবদা থোক্কবা মাগী শক্তিনা মহাক সর্ব্বব্যাপী (মকম পূম্বদা শীম্মুংবা) ওইনা লৈ, মতৌ অমুম ওইবনা মহাক মাগী মুংশিজবা ভক্ত মহারাজ পরীক্ষিৎপু কনগে হায়রুনা উত্তরাগী গর্ভমুংদা চঙলম্মী। ভগবদগীতাদা (৯।৩১) মাগী ভক্তদি কদৌঙৈদম্ম মাঙবা লৈতে হায়না ভগবাননা মীপূম খুদিংদা কিদনবা তাকপিথি। কনাগুম্বা অমত্তনা ভক্ত অমবু হাৎপা ঙমদে মরমদি মাবু ভগবান্না ঙাকশেন্দুনা লৈ। ভগবান্নবু হাৎকে নীংলবদি মীহুবু কনামতনা কনবা ঙমদে। ভগবান্দি সর্ব্বশক্তিমান্নি অহুনা হাৎকে কনগে অনীমক মানা পাম্বা মতুং ইন্না ঙম্মী। কীভম মতা চাদবদম্ম (হায়বদি মমাগী গর্ভমুংদম্ম) মহারাজ পরীক্ষিৎতা মানা উবদা খুৎ-চাগদবা মূর্তিদা উহল্লম্মী। ভগবান্দি ব্রহ্মাণ্ড লীশীং লীশীং পুল্লগুগীম্ম হেন্না চাউরি অহুগা অণু অমদগী হেন্না পীকপা ঙম্মী। মহাক্লা কৃপালু ওইবা মরম্না ঙমথৈনাইবা মীওইবনা উবা য়ারকই। মহাক্তি ঙমথৈ-নাইদবনি। ঐথোয় মীওইবগী শীঙ-লাক্লা থৈবা ঙমদনা ঙমথৈনাইদবনি। ঐথোয়না খন্‌বা মচাউদগী হেন্না চাউবা ঙম্মী মহাক্তি অহুনা ঐথোয়না খন্‌বদা পীক্লেন-পীকপা অহুদগীম্ম হেন্না পীকপম্ম ঙম্মী মহাক্তি। উত্তরাগী গর্ভদা উবা খুবিমুক্তা ৱাংবা বিষ্ণুগা ভগবান্‌গী রাজ্য বৈকুণ্ঠধামদা লৈবা মপুঙফাবা নারায়ণগা করিমতা থেন্নবা লৈতে। মহাক্লী পাদল-লৈজদবা ভক্তশিংগী সেবাহু লৌননবা হায়রুনা মহাক্লা অর্চ্চা-বিগ্রহগী (লাৎপা য়াননবা লাইগী মূর্ত্তিরূপ) লৌই। প্রাকৃত-ভূতশিংদা লৈবা ভগবান্‌গী রূপ ওইবা অর্চ্চা-বিগ্রহগী কৃপানা প্রাকৃত জগতা লৈবা ভক্তশিংনা মথোয়গী প্রাকৃত ইন্দ্রিয়শিংগী মপান্না লাম্বা ফংঙমল্লবা ভগবান্‌গী নাক্তা ইরায় লায়না চৎপা ঙম্মী। মরমসিনা অর্চ্চাবিগ্রহবু প্রাকৃত ভক্তশিংনা ভগবান্‌গী চিন্ময় রূপ অমনি হায়না খন্‌গদবনি; অসিগুম্বা অর্চ্চাবিগ্রহবু প্রাকৃত ওইবা পোত্তানি হায়না খন্‌ফদে। মায়াবদ্ধ জীবগী মতাঙদদি আত্মাগা প্রকৃতিগা অনীথোক্লা থেন্নবা লৈবরম্ম মসি-গুম্বা থেন্নবসি ভগবান্‌গী মতাঙদদি লৈতে। ভগবান্‌গীদি চিন্ময় নত্তবা সত্তা অমত্তা লৈতে; মহুগা চপমান্নবা ভগবান্‌গা সম্বন্ধ লৈবা শুদ্ধভক্তশিংগীম্ম চিন্ময় সত্তা নত্তনা অতৈ করিমতা য়াওদে।

শ্লোক ১০

**অস্ত্রতেজঃ স্বগদয়া নীহারমিব গোপতিঃ।**
**বিধমন্তং সন্নিকর্ষে পর্য্যৈক্ষত ক ইত্যসৌ॥ ১০॥**

শব্দার্থ

অস্ত্রতেজঃ—ব্রহ্মাস্ত্রগী মৈশা; স্বগদয়া—মশামক্কী গদানা; নীহারম্—লীক্লা মরীক; ইব—গুম্না; গোপতিঃ—মুমীৎ (সূর্য্য); বিধমন্তম্—তাকহন্‌বা; সন্নিকর্ষে—মনাক্তা; পর্য্যৈক্ষত—উরগা; কঃ—কনানা; ইতি অসৌ—হকচাঙ অসি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মুমীৎ (সূর্য্যনা) লীক্লা তাববু তাকহন্‌বগুম্না ভগবান্না মাগী গদাহুনা ব্রহ্মাস্ত্রগী মৈশা মাঙহন্‌লম্মী। অঙাংহুনা মাবু মনাক্তা উবদা কনা ওইরবনো হায়না খল্লম্মী।

শ্লোক ১১

**বিধূয় তদমেয়াত্মা ভগবান্ ধর্ম্মগুব্ বিভুঃ।**
**মিষতো দশমাসস্য তত্রৈবান্তর্দধে হরিঃ॥ ১১॥**

শব্দার্থ

বিধূয়—ফজনা চামথোক্লগা; তৎ—মহু; অমেয়াত্মা—সর্ব্বব্যাপী ওইবা আত্মা; ভগবান্—ভগবান্; ধর্ম্মগুপ্—ধর্ম্মগাকশেন্বা; বিভুঃ—মকমপুম্বা শীঙ্খৎলিবা; মিষতঃ—উরগা; দশমাসস্য—থা তরাগী; তত্র এব—মকম অদুমক্তদা; অন্তর্দধে—থুপখি; হরিঃ—হরিনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ওমখৈনাইদনা শক্তিলৈবা' ধর্ম্মবু ঙাকশেনবা সর্বব্যাপী ওইবা পরমেশ্বর শ্রীহরিনা ব্রহ্মাস্ত্রতেজদু মাঙহন্লগা মাবু উরিবা থা-তরাতগী অঙাং পরীক্ষিৎকী মনাক্তা গর্ভস্থংহুদা অদুম থুপখরে।

নৈনরোল

অঙাং-ওইবা পরীক্ষিৎতুনা মকম মতম্না ওমখৈবা জীব অমবু উরম্বা নত্তে। ভগবান্না জীবগা অনী খেন্নবদি সমুদ্রগা লান্থোংগা খেন্নবগুম্বনি। শ্লোকসিদা ভগবানবু মকম-মতম্না ওমখৈবা ওমদবা বিভু বম্তুনি হায়রি। জীব খুদিংবুদি মকমগা মতমগা ওমখৈরিবনি। গুণলোমদা য়েংলগা ভগবান্ জীবগা অমত্তা ওইরগনু চাংলোমদা য়েংলগদি পরমাত্মাগা জীবাত্মাগা অনীসি য়াম্না খেন্নে। অচম্বা জীবাত্মাদি মাগী দেহহুদদা পুঙশন্শন্না লৈবনি অদুগা পরমাত্মাদি মকম-মতম পুম্বদা পুঙশন্-শন্বনি। অচম্বা জীবাত্মা অমনা মাগী প্রভাবতু অতোপ্পা জীব অমদা শন্দোকপা ওমদে অদুগা পরমাত্মা পরমেশ্বর ভগবান্দি মাগী প্রভাবতু মকম পুম্নমক্তা মতম পুম্নমক্তা অদুগ। জীব পুম্নমক্তা শন্দোকপা ওমখৈ নাইদবমখৈ ওম্মী। মহাক্তি মকম-মতম্না ওমখৈদবনিনা অঙাং-ওইবা পরীক্ষিৎনা লৈরম্বা গর্ভস্থংগ্সু অদুম চোংথোরপা ওম্মী। মহাকপু মকমসিদা ধর্ম্ম-চেন্বা মীবু ঙাকশেনবনি (ধর্ম্মগুপ্) হায়রি। পরমেশ্বর ভগবান্দা কৎথোকচম্নবা জীবদু ধর্ম্মচেন্বনি। অদুনা মহাকপু ভগবান্না ফীভম পুম্নমক্তা ঙাকশেল্লী। ধর্ম্ম-চেন্দবা মীবুদু ভগবান্না হকথেংনবা মওংদা নত্তনা ঙাকশেল্লী, মরমদি মাগী বহিরঙ্গা শক্তি শীজন্নদুনা মীদুগী মপাপশিংদু শেংদোকপি। শ্লোকসিদা 'দশমাসস্য' হায়বসিগী অর্থদি মায়কৈ তরাদা ফি শেংপা মহাক হায়না অর্থ হন্বসু য়াই; মহুদি ভগবান্ শ্রীহরিবু হায়রিবনি। হায়বদি মায়কৈ তরাদা থক-খা য়াওনা ফি-শেংলবা হায়বনি। মহাক মকম খুদিংদা লৈ অদুগা নীংঙক নীংঙকপা মকমদা থোরক্লগা মকমহুদগী অমূক থুপ্পা ওম্মী। অঙাং পরীক্ষিৎনা উরম্বদগী মহাক থুপপ্রে হায়বসিনা মহাক্না থোক্লম্লিবদো অতোপ্পা মকম অমদগী থোংকপনি হায়বসি নত্তে। থোরক্লম্বা মকমহুমক্তদা মহাক অদুম লৈরিবনি, অদুগা মহাক্না থুপপ্রবা মতুঙদসু মহাক মকমহুদা অদুম মরৈরিবনি, তৌবদবু অঙাংহুনা উরমদে হায়বদনি। পরব্যোমবু মায়ানা কুপ্পিংসে প্রকৃতি মাতাগী গর্ভগুম্বা পোত্তা অমনি। জীব পুম্নমকী মপা ওইরিবা ভগবান্না ঐখোয় পুম্নমকপু হায়রিবা গর্ভসিদা থম্বনি। মহাক্তি মকম খুদিংদা লৈবনি, করি হায়নি দুর্গা-মাতাগী প্রাকৃত গর্ভসিদসু লৈরিবনি, অদুগা মতীক-চাবা মীতনা ভগবানবু উবা ঙম্জিবনি।

শ্লোক ১২

**ততঃ সর্ব্বগুণোদর্কে সানুকূলগ্রহোদয়ে।**
**জজ্ঞে বংশধরঃ পাণ্ডোর্ভূয়ঃ পাণ্ডুরিবৌজসা॥ ১২॥**

শব্দার্থ

ততঃ—অদুগী মতুঙদা; সর্ব্বগুণোদর্কে—খুদম অফবা পুম্নমক্লা অনুম অনুম থোকথৎলক্লবদা; সানুকূল—মীচঙ ওইবা; গ্রহোদয়ে—গ্রহনা তিল্লবদা; জজ্ঞে—পোকখি; বংশধরঃ—খাগৈ-ঙাকপা মপু; পাণ্ডোঃ—পাণ্ডুগী; ভূয়ঃ—ওইহুনা; পাণ্ডুঃ ইব—পাণ্ডুগুম্বা; ওজসা—থৌনাদা।

## মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অহুগী মতুংদা মীচঙ-ওইবা গ্রহশিংগী থৃদম অকবশিংনা অস্থুম অস্থুম থোকখৎলক্লবা মতংদা লীংজেল-থৌনাদা পাণ্ডুগুম্বা ওইরবা পরীক্ষিৎ পাণ্ডুগী বংশধর ওইনা পোকখি।

## নৈনরোল

গ্রহনা জীবদা য়েংশনবগী মরমদা জ্যোতিষ-গণনাশিংসে শাজনবা অমত্তা নত্তে, অওইবা ওাক্তনি হায়বসে শ্রীমদ্ভাগবতম্না য়াম্বা য়ানি। জীব থৃদিংগী লাইবক লেপ্লদি মীৎকুপ থৃদিংদা প্রকৃতিগী নিয়মনা লেপ্লিবনি মহুদি নাগরিক অমগী লাইবকপু রাষ্ট্রগী প্রভাবনা লেম্নগুম্বনি। রাষ্ট্রগী বিধি-শিংদি চবো-চবৌনা ইরে, তৌইগুম্বসুং প্রকৃতিগী নিয়মশিংদি ঐখোয়গী অপোবা বুদ্ধিগী মকমদা কৃপমনখিবা মরম্না চবো-চবৌননা খঙবা ঙমজে। ভগবদগীতাদা (৩।৯) হায়বগুম্না, পুন্সিগী থবক থৃদিংমক বন্ধন ওইবা ফল অমা পোকহল্লী, অহুনা যজ্ঞগীদমক (বিষ্ণুগীদমক) তৌবা মীশিংহুবুদি বন্ধন তৌবা ঙমদে। ভগবানগী প্রতিনিধি ওইবা অরাঙবা থাকী অঙম্বশিংনা ঐখোয়না তৌবা থবক পুংমকী অফ-ফত্তা বায়েল্লী; মতৌ অস্থুম্না ঐখোয়গী তৌজমল ওইনা ঐখোয়দা হকচাঙ পীনবী। প্রকৃতিগী নিয়মদি কয়ামুক কৃপ্পগে হায়ববু ঐখোয়গী হকচাঙ-কায়াৎ থৃদিংমক মাগী মাগী থোকপা গ্রহনা চারিবনি; গ্রহশিংনা চাবগী থৃশীন্ মতুং ইন্না ফংবা হকচাঙ্গুংদা জীববু ফাজন-গদবা মতম অহু শাংনা পুন্সিবদা মতীক-চাবা হকচাঙ অমা জীবনা ফংজে। মরমসিনা মী অমগী মরায়বক করি ওইগদগে হায়বহু মাগী পোকপা মতমদা তিন্নম্বা গ্রহ রাশি খঙলগা খঙবা ঙম্মী অহুগা অহৈবা পাঞ্জিগণক অমনা মাগী চপচাবী কুঠী অমা শেম্মী। জ্যোতিষবিদ্যাসি অচৌবা বিজ্ঞা অমনি; বিজ্ঞাহুবু শেরান্ননা শীজন্নরগা কান্নদবা বিজ্ঞানি হায়বা য়াদে। মহারাজা পরীক্ষিৎ, করি হায়নি পরমেশ্বর ভগবান্না আবির্ভাব তৌবদি শুভগ্রহশিংনা তিনবা মতমদনি, মতৌ অস্থুম্না গ্রহশিংহুগী প্রভাব-তু পুংকমহুদা পোকপদা ওইবা দেহহুগী মথক্তা তারিবনি। থ্বাইদগী হেন্না শুভ ওইবা গ্রহ-শিংনা তিনবা মতমদা প্রাকৃত জগৎতা ভগবান্না অবতার তৌয়ি হায়বদি পোকয়ি অহুগা অসিবু জয়ন্তী কৌয়ি; জয়ন্তী শব্দসি থবক অতৈগীদমক শেরান্ননা শীজন্নকম থোক্তে।

মহারাজা পরীক্ষিৎ অহু ক্ষত্রিয় নিংথৌরেন অমা ওইরম্বা নত্তনা ভগবানগী অচৌবা ভক্ত অমসু ওইরম্মী। মরমসিনা মহাত্মা কত্তবা পুংকমদা পোককম থোক্তে। থুৎচাবা মকম মতম য়েং-হুনা গণ্যমান্য ওইবা মী অমবু স্বাগত তৌবগুম্না মহারাজা পরীক্ষিৎকুম্বা ভগবান্না চেৎনা ওাক্লম্বা অচৌবা মীতাবু স্বাগত তৌনবগীদমক মতীক-চাবা পুংকম অমা শুভগ্রহশিংনা নিংথৌসিংগী মথক্তা প্রভাব তৌননবা তিনবা মতমহুদা খনখি। মতৌ অস্থুম্না শ্রীমদ্ভাগবতমগী অচৌবা বীর অমা থ্বাইনা খঙননবগীদমক মহাক পোকখি। থুৎ-চাবা থৌশীল অসে মীওইবগী থৃৎশীল নত্তে, পরমেশ্বর ভগ-বানগী ইচ্ছানা ওইখিবা থৌশীন্নি। তৌবগীবুদি, থৌশীল অসে জীবনা তৌখিবা অফবা নত্রগা ফত্তবা থবক্কী ফল ওইনা শীনবনি। মসিননি জীবনা ধর্ম্ম-কায়দবা থবক তৌবা কান্নে হায়বগী বা লাক্লিবসি। পুণ্য কর্ম্ম তৌবতনা জীবনা লন ফংলিবা, অফবা শিক্ষা ফংলিবা অহুগা শক কজরিবা। সনাতন ধর্ম্মগী সংস্কার তরাথক লৈরিবসে শুভগ্রহশিংগী প্রভাব ফংবা য়াননবগী ফীভম অমা শেম্ন-বনি। মরমহুনা গার্ভধান কৌবা সংস্কার হায়বদি অঙাঙ মরু হুনবগীদমক অরাঙবা বর্ণশিংদমক লৈরিবসি মীওইবগী সমাজদা অফবা পুণ্য-চেনবা অমসুং বুদ্ধি-থৌবা মীওই কাঙবু অমা ফংননবা পুণ্য-কর্ম্মশিংগী হৌগৎপা হায়রবহুনি। পৃথিবী শান্তি অমসুং চাওখৎপা লৈগদৌরিবসি অফবা জ্ঞান-তাবা বুদ্ধি-চোইদবা মীয়াম লৈরগদনি। থ্বাইনা পায়দবা, বুদ্ধি-চোইবা অহুগা মুপী-মুপা তিন্নবদা মুম্বা মীতা ওাক্তা ওায়রবদি নরক অমসুং অশান্তি লাকপা হৌনবনি।

### শ্লোক ১৩

**তস্য প্রীতমনা রাজা বিপ্রৈর্ধৌম্য কৃপাদিভিঃ।**
**জাতকং কারয়ামাস বাচয়িত্বা চ মঙ্গলম্ ॥ ১৩॥**

### শব্দার্থ

তস্য—মহাকী; প্রীতমনা—পেল্লবা; রাজা—নিংথৌ; বিপ্রৈঃ—ব্রাহ্মণশিংনা; ধৌম্য—ধৌম্য; কৃপ—কৃপ; আদিভিঃ—চিংবা অতৈনা; জাতকম্—অঙাঙপোকপগা তৌগদবা থৌরম্ ( জাতকর্ম্ম ); কারয়ামাস—তৌহনখি; বাচয়িত্বা—থীহনা; চ—সু; মঙ্গলম্—মঙ্গলগী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতমহুদা ধর্ম্মরাজ যুধিষ্ঠিরনা মহারাজ পরীক্ষিৎ পোকপদা মুংঙাইমনখিহনা জাতকর্ম্ম তৌহনখি। মহুদা ধৌম্য অমসুং কৃপ-নচিংবা লাইরীক-হৈবা ব্রাহ্মণশিংনা পুণ্যাহনচিংবা স্বস্তিবাচন পাঠ তৌখি।

### নৈনরোল

বর্ণাশ্রমধর্ম্মনা ভাল্লিবা সংস্কার ( শেংদোক্লবগী থবক ) ময়ামহু তৌবা হৈবা অকবা অমসুং বুদ্ধিমান ওইবা ব্রাহ্মণ-শ্রেণী অমা লৈফম থোকই। অসিগুম্বা সংস্কারশিংসি তৌত্রবদি অকবা মী লৈবা ওইথোক্তবনি; কলিযুগ অসিদদি পৃথিবী পুম্বদা লৈরিবা মী ময়ামসি শূদ্রগী গুণ-চেন্বা ঙাক্ত ঙায়রে হায়বদি সংস্কার তৌদবনা তোম্বা জাৎ ঙাক্লা নয়ে। অহুবু অশেঙবা ব্রাহ্মণ রাংপনে অহুগা সংস্কারগী চপ-চাবা পাম্বে রাংপনে যুগ অসিদা বৈদিক সংস্কার অহু হিঙ্গৎহনবা ওইথোক্তে। অহুম ওইনমক যুগসিগীদমক পাঞ্চরাত্রিক বিধিসু তৌবা য়াই হায়রম্মী। পাঞ্চরাত্রিক বিধিসে শূদ্র কাঙবুগীদমক্লি, কলিযুগগী মীশিংগীদমক্লি হায়বা য়াই। যুগসিগা যুৎ-চানরবা সংস্কারনি হায়রিবনি। অসিগুম্বা সংস্কারসে পারমার্থিক ওইবা অকারমগীদমক্লি অতৈ মরমগীদমক নত্তে। পারমার্থিক ওইবা 'অকারমদি অরাংবা নত্রগা অনেম্বা পারী-পুম্নীনা নমহৎপা ঙমদে।

গর্ভাধান সংস্কারগী মতুঙদা গর্ভ পুরিঙৈ মতমগী মনুঙদা তৌগদবা সীমন্তোন্নয়ন, সধভক্ষণম্-নচিংবা সংস্কার অতৈমসু লৈরি। অঙাঙ পোকপা মতমদা ইহান্ হায়া তৌগদবা সংস্কারদি জাতকর্ম্ম হায়বহুনি। মসি মহারাজ যুধিষ্ঠিরনা রাজপুরোহিত ধৌম্যগুম্বা অহুগা পুরোহিতসু ওইবা সেনাপতিসু অচৌবা অমা ওইবা কৃপাচার্য্যগুম্বা লাইরিকহৈবা ব্রাহ্মণশিংগী মতেঙ লৌরগা নীংথিনা পাঙথোকখি। লাইরীক-হৈবা অমসুং সিদ্ধ ওইরবা ব্রাহ্মণ অনীসিবু অতৈ সংব্রাহ্মণ কয়ানা তেঙবাংহল্লগা জাতকর্ম্ম সংস্কার অহু মহারাজ যুধিষ্ঠিরনা তৌহন্খি। মরমসিনা সংস্কার পূন্নমক মতৌ মান্নবা হায়হনা নত্রগা সমাজগী ওইবা থৌরম অমনি হায়হুনা ঙাক তৌগদবা নত্তে, চানবী থবক ওইনা তৌগদবনি। অহুগা সংস্কারশিংহু ধৌম্য অমদি কৃপ-গুম্বা অহৈবা ব্রাহ্মণশিংনা মহৈ য়ান্না তৌবা ঙম্মী। হৌজিক্কী যুগসিদদি অসিগুম্বা ব্রাহ্মণদি তাঙবদা নত্তনা ফংবসু লৈত্রে; মরমসিনা লৈথা-তাম্নবা যুগসিদা পারমার্থিক উন্নতিগীদমক হায়হুনা গোস্বামীশিংনা বৈদিক যজ্ঞগী মহুত্তা পাঞ্চরাত্রিক সূত্রগী মতুঙ ইন্না সংস্কারশিংসি তৌবা পাম্মী।

কৃপাচার্য্য মহর্ষি সর্দবনগী মচানুপানি অহুগা গৌতম গোত্রদা পোকপনি। কৃপাচার্য্য পোকথিবসি খুজিন-খুনাম্বোক্তগী পোকথিবনি। লাইগী নোংদমদগী, মহর্ষি সর্দবন অসিনা স্বর্গগী মিংচৎপী অপ্সরা জনপদীগা থেংনখি অহুগা মহর্ষি সর্দবন-না শরক অনী থোক্লা বীর্য্য ( কর্ম্মী ) চৎখি।

শরুক অমনা অঙাঙ মুপা ওইনা অদুগা শরুক অমনা মুপী ওইনা অঙাঙ অাইবোক অনিথক থূদক্তা পোকখি; মুপাদুনা কৃপ হায়না অদুগা মুপীদুনা কৃপী হায়না খঙৈন। মহারাজ শান্তনুনা উমংদা শাদাল্লিজৈবা ফংনদুনা অঙাঙ অনীসিবু খুন্নুনা পুরক্লগা ব্রাহ্মণগী থাক য়োনবা হৌনবী সংস্কার তৌদুনা য়োকখি। কৃপাচার্য্যগুম্বা সেনাপতি অচৌবা অমা কৌরবংদা ওইখি। মাগী মচন্-মুপীবু দ্রোণাচার্য্যনা লুহোংবিখি। মতুংদা কৃপাচার্য্য দুর্যোধনগী মীচঙ ওইনা কুরুক্ষেত্রগী লাল য়াওখি। কৃপাচার্য্যনা মহারাজ পরীক্ষিৎকী মপানুং অভিমন্যু হাংপদা তেঙবাংখি; অদুমকপু মহাক দ্রোণাচার্য্যগুম্বা অচৌবা ব্রাহ্মণ অমা ওইবা মরম্না পাণ্ডবশিংনা মহাকপু সম্মান তৌখি। দুর্যোধনগা চৌবর শান্নবদা পোবদগী পাণ্ডবশিংনা বনবাস তৌবগী থাজবদা ধৃতরাষ্ট্রনা পাণ্ডবশিংবু য়েংবিনবা কৃপাচার্য্যদা শিন্নবিখি। কুরুক্ষেত্র-লাল লোইরগা কৃপাচার্য্যদু অমুক রাজসভাগী সদস্য অমা ওইখি, অদুগা মহারাজ পরীক্ষিৎ পোকপা মতমদা জাতকর্ম্ম পাঙথোক্নবগীদমক বেদমন্ত্র পাঠ তৌননবা হায়দুনা কৃপাচার্য্যবু কৌরমখি। মহারাজ যুধিষ্ঠিরনা হিমালয় পাঙবগীদমক কোম্নুং থাদোক্লমদাইদা কৃপাচার্য্যদা পরীক্ষিৎপু শিষ্য ওইহন্দুনা শিন্নরম্মী, অদুগা কৃপাচার্য্যনা পরীক্ষিৎপু য়েংবিহৌবা মরম্না যুধিষ্ঠিরনা মপূক্নীং পেন্না ময়ুম থাদোকখি। নিংথৌশিং অমদি নিংথৌরেন্‌শিং ওইবা অচৌবা শাসন-পায়বশিংনা মতম লৈবা পুম্বদা কৃপাচার্য্যগুম্বা লাইরীক-হৈবা ব্রাহ্মণশিংগী লীচাঙ ইন্দুনা লৈরম্মী, অদুনা মথোয়না রাজ্য-শাসন তৌবদু মতীক চানা তৌবা ঙম্মী।

শ্লোক ১৪

**হিরণ্যং গাং মহীং গ্রামান্ হস্ত্যশ্বান্‌নৃপতির্ব্বরান্।**
**প্রাদাৎ স্বন্নঞ্চ বিপ্রেভ্যঃ প্রজাতীর্থে স তীর্থবিৎ ॥ ১৪ ॥**

শব্দার্থ

হিরণ্যম্—সনা; গাম্—শম্মোম; মহীম্—লম; গ্রামান্—খুঙ্গং ময়াম; হস্তী—শামু; অশ্বান্—শগোল ময়াম; নৃপতিঃ—নিংথৌনা; বরান্—অপাম্বা; প্রাদাৎ—লেন্না পীখি (দান তৌখি); স্বন্নম্—অকবা অচাপোৎ; চ—সু; বিপ্রেভ্যঃ—ব্রাহ্মণশিংদা; প্রজাতীর্থে—অঙাং পোকপগীদমক দান তৌগদবা মতমদা; সঃ—মহাক; তীর্থবিৎ—দানগী মতম খঙবা মী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অঙাং পোক্লবদা দানগী মকম মতম খঙবা নিংথৌনা ব্রাহ্মণশিংদা সনা, শল, লম, খুঙ্গং, শামু, শগোল ময়াম দান তৌখি।

নৈনরোল

গৃহস্থশিংদগী ব্রাহ্মণশিংদনা অদুগা সন্ন্যাসীশিংদনা লৌবগী বিধি লৈ। সংস্কারশিংগী থোইদোক হেন্দোক্লা মী পোকপা, লুহোংবা অমসুং শিবগী উপলক্ষশিংদা ব্রাহ্মণশিংদা লম্বুম দান তৌনৈ মরমদি মীওইবগী মকোক ওইনা চঙদবা য়াদবা থবকী মতাঙদা ব্রাহ্মণশিংনা থৃাইদগী বাংবা গুণগী মতেং পী। দানদি সনা, লম, খুঙ্গং, শগোল, শামু, অমদি অচাপোৎ ওইনা থোং-থাক্লবা পোৎচঙ পূন্নমক্তা লোয়ননা পীনৈ। মরমদুনা ব্রাহ্মণশিংদি তশেংবা হায়রগদি লৈত-লায়রবা হায়বদু নৎলমদে। লায়রবগী বাদি থমগ্রদুনা, মথোয়গী সনা, লম, খুঙ্গংশিং, শগোল, শামু অমদি ওক্লবা ফৌ-চেং মরাং কায়না লৈরম্বা মরম্না মথোয় মশা মশাগীদমক তানশম্নঙাই লৈরমদে। অদুনা মথোয়দি সমাজ পূম্বগী য়াইফনবগীদমক্তা মশা মশাবু কথোক্লম্মী।

তীর্থবিৎ হায়বা শব্দসি খন্নবিগাই অমনি, মরমদি নিংথৌহুনা দান তৌনরবগী মখক মতম মুন্না খওলম্মী। দান হায়বসি মহৈ য়ান্দবা থক ওইদে। পারমার্থিক জ্ঞান লৈরবা মীওনা দান লৌবগী মতীক চাবা হায়বহু ওই হায়না শাস্ত্রনা লাউরি। লায়রবদি নারায়ণনি। (দরিদ্র-নারায়ণ) হায়হুনা কনা কনাগুম্বনা মরম্নাই বা ওইনা ভগবান্বু শেমাম্নবা লৌহুনা দরিদ্রদি নারায়ণ ওইনা দান পাত্রনি হায়বা যাদো শাস্ত্রদা থিবা থক ফংলোই। লৈত-লাইরবা মী অমতমু শগোল, শামু, লম অমম্ভুং খুজং ময়াম দান ওইনা ফংবা ঙমদে। মা হায়ববু অসিনি মহুদি ব্রাহ্মণশিংবু হায়বদি থোইদোক হেন্দোক্লা ভগবান্গী সেবা তৌবা ব্রাহ্মণশিংবু হকচাঙ য়োক্লবা পোৎলমগী চিন্তা লৈতবমথৈ নীংথিনা য়োক্লম্মী, অদুগা নিংথৌ অমম্ভুং গৃহস্থশিংনা হরাও হরাওনা মথোয়গী দেহগী মুংঙাইনবা মরম পুম্নমক য়েংশিল্লম্মী।

পোক্লরবা অঙাংহুনা মমাগা খোয়রিগা শম্নহুনা লৈরিবা মতমগী মথৈ অঙাংহুগা মমাগা অনীহু দেহ অমতগীনি হায়না লৌগদবনি অমম্ভুং খোয়রিহু হেক ককপগা অঙাংহু মমাদগী তোঙাম্না তারবা মতমদা জাতকর্ম্ম সংস্কার তৌগদবনি হায়না শাস্ত্রনা হায়রি। অধিষ্ঠাতৃ-দেবতাশিংনা অদুগা অঙাং পোক্লিবা ইমুংগী লৈথিত্রবা মপা-মপুশিংনা নৌনা পোকপদা ঙায়রিবা অঙাংহুবু য়েংবা লাকই, অম্মুম্না লাকপা মতাঙহু সমাজগী পারমার্থিক উন্নতিগীদমক মতীক চাবা দানপাত্রশিংদা লম্ফম দান তৌবগী চপচাবা মতমনি হায়না লৌই।

## শ্লোক ১৫

**তমূচুর্ব্রাহ্মণাস্তুষ্টা রাজানং প্রশ্রয়ান্বিতম্।**
**এষ হ্যস্মিন্ প্রজাতন্তৌ পুরূণাং পৌরবর্ষভ॥ ১৫॥**

### শব্দার্থ

তম্—মঙোন্দা; উচুঃ—হায়রম্মী; ব্রাহ্মণাঃ—ব্রাহ্মণশিংনা; তুষ্টাঃ—য়াম্না পেল্লবা; রাজানম্—নিংথৌদা; প্রশ্রয়ান্বিতম্—পীনহৈবা; এষঃ—মাসি; হি—লেপ্নমক; অস্মিন্—মসিদা; প্রজাতন্তৌ—থারাগী পরেংদা; পুরূণাম্—পুরুবংশদা পোকপশিংগী; পৌরব-ঋষভ— হে পুরুশিংগী মকোক।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতমহুদা ব্রাহ্মণশিংনা য়াম্না পেল্লহুনা পীনহৈবা রাজা যুধিষ্ঠির অদুদা হন্জংলম্মী "হে পৌরব অথোইবা, পোক্লিবা মুপামচাসি পুরুশিংগী থারা-নালাদা লেপ্নমক চল্লবনি'।

## শ্লোক ১৬

**দৈবেনাপ্রতিঘাতেন শুক্লে সংস্থামুপেয়ুষি।**
**রাতো বোঽনুগ্রহার্থায় বিষ্ণুনা প্রভবিষ্ণুনা॥ ১৬॥**

### শব্দার্থ

দৈবেন—লাইগী নোংদম্না; অপ্রতিঘাতেন—থিংবা য়াত্রবা; শুক্লে—মক্কবা; অশেঙবা; সংস্থাম্—মাঙবা (নাশ); উপেয়ুষি—ফংল্লবদা; রাতঃ—হন্জনহল্লবা; বঃ—নখোয়গীদমক; অনুগ্রহ-অর্থায়—চানবীবগীদমক; বিষ্ণুনা—শ্রীবিষ্ণু নারায়ণ অহুনা; প্রভবিষ্ণুনা—মতীক-ময়াই-লৈবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ব্রাহ্মণশিংনা হায়খি—"অমকপা-চেন্দবা অঙাংসিবু মতীক-ময়াই-চেন্‌বা ভগবান্ বিষ্ণুনা নখোয়বু চান্‌বীবদগী হন্‌জন্না পীবিরে। খিংবা য়াত্রবা লাইগী নোংদমদগী মাঙলুরবা অঙাংসিবু কন্‌খিবনি"।

নৈনরোল

অঙাং পরীক্ষিৎপু সর্ব্বশক্তিমান্ সর্ব্বব্যাপী ওইবা বিষ্ণুনা (ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনা) মরম অনীগীদমক কন্‌খিবনি। অহানবা মরমদি মমাগী পুকনুংদা লৈবা অঙাংসি ভগবান্‌গী শুদ্ধভক্ত অমা ওইবনা অমকপা অমতা মশাদা পল্লমদে। অনীশুবা মরম্না অঙাংসে যুধিষ্ঠির নিংথৌগী ধর্ম্ম-চেন্‌বা পুর্ব্ব-পুরুষ (মবুধৌ পুরেন নাককপা) পুরুগী ধারাদা লৈহৌরিবা অমতা ঙায়রবা বংশধরনি। চাওখৎলবা অমদি শান্তিপুর্ণ ওইবা পুন্সি হায়বহু তশেংনা লেন্নহন্নবগীদমক পৃথিবীবু ভগবান্না মাগী প্রতিনিধি ওইনা ধর্ম্মচেনবা নিংথৌশিংগী ধারাহু লৈথবা পাম্মী কুরুক্ষেত্র-লালগী মতুংদদি যুধিষ্ঠির মহারাজখোয়গী হেক মথংগী থংনবা মীরোনশিংহু লোইনা তুমপ্রবনিনা অহুগা রাজ বংশহুগী মচা পোক্লবা কনামতা লৈরমত্রে। বংশহুগী স্বতাধিকারী ওইগদবা মী হায়ববু অভিমন্যুগী মচানুপা পরীক্ষিৎতুদা ঙায়হৌরে, অহুগা মাবুন্থ অশ্বত্থামানা থারকপা থিংঙমদ্রবা খুৎলাই ব্রহ্মাস্ত্রনা মাঙহন্নমগদৌরে। ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণবু শ্লোকসিদা বিষ্ণু হায়না কৌরি; মসিন্থ থম্মনীংঙাইনি। পরমেশ্বর ভগবান্ কৃষ্ণনা মাগী বিষ্ণু ওইবগী শক্তিনা পালন (ঙাকশেনবা) অমসুং প্রলয় (লোইশন্‌বা) হায়বা থবক অনীহু তৌই। ভগবান্ বিষ্ণুদি শ্রীকৃষ্ণগী অংশনি। ভগবান্‌গী সর্ব্বব্যাপক (পুম্নমকপু কোন্সন্‌বা) থবক পুম্নমক মহাক্না মাগী বিষ্ণু রুপ্তা পাঙথোকয়ি। অঙাং পরীক্ষিৎপু মফমসিদা 'শুদ্ধ' (অমকপা অমতা চেন্দবমখৈ ঙৌবা) হায়না হায়রি মরমদি মহাক ভগবান্‌গী পুক্নীং-লোঙদরা ভক্ত অমনি। ভগবান্‌গী অসিগুম্বা ভক্তশিংনা পৃথিবীসিদা আবির্ভাব তৌরবদি ভগবান্‌গী থবক পাঙথোক্লবগীদমক্নি। ভগবান্না সংসার ঈপাক্তা চারিবা মায়াবদ্ধ জীবশিংবু ভগবান্‌গী নাক্তা হল্লকপা য়ানবা উদ্ধার তৌবিগে হায়বগীদমক পরাবিদ্যাগী ওইবা বেদশাস্ত্র লেংবিহুনা, মুনি-ঋষি কয়ামুক থাবিরকুনা অমসুং মহাক্কী প্রতিনিধি ওইবা দীক্ষাগুরু থাবিরকুনা মীওইবদা মতেং পাংঙী। অসিগুম্বা প্রাকৃত-নত্তবা সাহিত্যশিংসে, ধর্ম্ম-শন্দোক-পশিংসে অহুগা ভগবান্‌গী প্রতিনিধিশিংসে অমকপা য়াওদবখৈ ঙৌই। মরমদি প্রাকৃত গুণশিংনা মখোয়বু মোংহনবা ঙমদে। মখোয়বু মাঙহন্নগে হেক তৌবদা ভগবান্না মতম পুম্বদা ঙাকশেন্দুনা লৈ। মসুম্না মাঙনবা তৌরিবা অপঙবগী থবকশিংসে ঘোর সংসারীশিংতনা তৌই। অশ্বত্থামানা অঙাং পরীক্ষিৎ তম্না লঙলকখিবা ব্রহ্মাস্ত্রহু দিব্যশক্তি চেন্‌বনি অহুনা প্রাকৃত জগৎকী করিগুম্বা অমতনা ব্রহ্মাস্ত্রনা চঙলকপগী শাফুহু থিংবা ঙমদে। অহুবু সর্ব্বশক্তিমান্ ওইবা অহুগা মুং পান অনী তুনা সর্ব্বব্যাপী ওইহুনা লৈবা ভগবান্না ভগবান্‌গী শুদ্ধ ভক্ত ওইবা অহুগা ভগবান্না মাগী মখা পোল্লিবা অতোপ্পা ভক্ত মহারাজ যুধিষ্ঠিরগী বংশধর ওইবা পরীক্ষিৎপু কনগে হ য়বগীদমক ব্রহ্মাস্ত্রবু ঙাকথোকপা ঙমখি।

শ্লোক ১৭

**তস্মান্নাম্না বিষ্ণুরাত ইতি লোকে ভবিষ্যতি।**
**ন সন্দেহো মহাভাগ মহাভাগবতো মহান্॥ ১৭॥**

**শব্দার্থ**

তস্মাৎ—মরমহুনা; নাম্না—মিংনা; বিষ্ণুরাতঃ—ভগবান্ বিষ্ণুনা ঙাকশেল্লবা মী; ইতি—অসুম্না; লোকে—জগৎতা; ভবিষ্যতি—ময়াম্না খঙনবা ওইরগনি; ন সন্দেহঃ—চিংননঙাই লৈতে; মহাভাগ—লাইবক য়াম্না ফবা; মহাভাগবতঃ—ভক্তমকোক; মহান্—গুণচেন্‌বা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মরমসিনা অঙাংসি 'বিষ্ণুরাত' হায়বদি ভগবান্ বিষ্ণুনা কনবিখিবা হায়না জগৎত্তা খঙন-রগনি। হে লাইবক্‌ফবা, অঙাংসি ভক্ত মকোক অমা ওইররগনি অমুগা গুণখিবিক্লা লৈতেংলগনি হায়বসিদা করিমতা চিংনবিঙাই লৈতে।

নৈনরোল

ভগবান্দি জীব পুম্নমক্কী লুচিং-কোক্লিনা মহাক্লা জীব পুম্নমকপু কন্‌বি। ভগবান্দি পুরুষ ওইবা পুম্নমক্কী মরক্তা পুরুষোত্তম হায়বমুনি হায়না বেদ মন্ত্রশিংনা হায়রি। জীব মথল অনীসিগী মরক্তা খেন্নবা হায়ববু পুরুষোত্তম ভগবান্না জীব অতৈগী অবাং-অপা লোইনা পীনবি, অমুগা মখোয়না ভগবানবু খঙলগা নিত্য শান্তি ফংবা ঙম্মী (কথ-উপনিষদ্)। মসুম্না জীবশিংবু ঙাকশেন্‌বসি জীব-জাত্তা মতুঙ ইন্না মাগী শক্তি মথল মখা শীজন্নরগা তৌরিবনি। অমুবু মহাক্কী শুদ্ধ ভক্তগী মতাংদদি মশামক্লা ঙাকশেন্‌বসি তৌয়ি। মরমসিনা, মহারাজ পরীক্ষিৎনা মমাগী গর্ভদা হেক লৈবা হৌবা মতমদগী ভগবান্না মহাকপু কন্‌বিখি। অঙাংসিবু ভগবান্না থোইদোকপা অমা ওইনা ঙাকশেন্‌খিবা মরম্না তাকপদি অঙাংমু গুণ খিবিক্লা লৈতেংলবা মহাভক্ত ওইরগনি হায়বসিনি। ভক্ত মথল অমুম্নি, মমুদি মহাভাগবত, মধ্যম অধিকারী অমসুং কনিষ্ঠ অধিকারী। ধর্ম্মতত্ত্বদি য়েৌনা খঙদবা অমুগা মন্দির চৎতুনা ভগবান্‌বুদি উপাসনা তৌবা অমুগা ভগবদ্ভক্তশিংবু সম্মান থোইনা তৌদবা মীশিংমু সংসারী ভক্ত নত্রগা কনিষ্ঠ ভক্ত কৌই। ভগবান্‌বু সেবা তৌনিঙবা মীতা অমুগা মাগা মান্নবা ভক্তশিংগা সঙ্গ তৌনিঙবা, অমুগা সাধকশিংবু তেঙবাঙনীংবা অমসুং নাস্তিকশিংগা তিন্নদবা ভক্ত জাত্তামু মধ্যম অধিকারীনি। ভগবান্‌গী মুংদা লোই-নমকপু নৎত্রগা ভগবান্‌গী ওইবা লোইনমকপু উবা অমসুং পোৎ থুদিংমক্তা ভগবান্‌গা নিত্য সম্বন্ধ লৈ হায়না উবা, মরমমুনা মখোয়না উরু-উরুবদা ভগবান্ নত্তনা করিমতা উদবা—অমুগুম্বা ভক্তনা মহাভাগবত হায়বদি মকোক ওইবা ভক্ত-কাঙলুপ্নি। অসিগুম্বা মকোক ওইবা ভগবদ্ভক্তশিংসে হীরম খুদিংদা সিদ্ধ ওইরবনি। কাঙলুপ অমুমসিগী অমদা য়াওরবা ভক্তদি অমুম গুণ অফবশিংমু চেনখৎচরকই। মতৌ অমুম্না মহারাজ পরীক্ষিৎকুম্বা মহাভাগবতশিংদি অমুম মশানা লেপ্পমক সিদ্ধ ওইরবনি। মহারাজ পরীক্ষিৎনা যুধিষ্ঠিরগী ইমুংদা পোক্লম্বা মরম্না মহাকপু নৈনরিবা শ্লোকসিদা মহা-ভাগবত হায়বদি লাইবকফবশিংগী মরক্তা খ্বাইদগী লাইবকফবা অমনি হায়রিবনি। মহাভাগবত অমনা পোক্লরবা ইমুংমুদি লাইবক-ফবা অমনি মরমদি মহাভাগবত অমা পোক্লবা মরম্না ইমুংমুগী মী পুম্নমক হৌগ্রবা, লৈরিবা অমুগা লাক্কদৌবা মীরোল চামা শুবফাওবা—ভগবান্না মুংশিরবা ভক্তমুবু য়েং-বিবদগী—ভগবান্‌গী কৃপানা অরানখুঙম ফংগনি। মরমসিনা ভগবান্‌গী শুদ্ধ ভক্ত অমা কনা-গুম্বনা ওইবা ঙম্নবদি মহাক্লা মহাক্কী বংশমুদা খ্বাইদগী চাউবা উপকার অমা তৌরবনি।

শ্লোক ১৮

**শ্রীরাজোবাচ**

**অপ্যেষ বংশ্যান্ রাজর্ষীন্ পুণ্যশ্লোকান্ মহাত্মনঃ।**
**অনুবর্ত্তিতা স্বিদযশসা সাধুবাদেন সত্তমা॥ ১৮॥**

**শব্দার্থ**

শ্রীরাজা—অফবা নিংথৌনা (মহারাজ যুধিষ্ঠিরনা); উবাচ—হায়রম্মী; অপি—মু; এষঃ—মসি; বংশান্—বংশগী; রাজর্ষিং—রাজর্ষিশিং; পুণ্যশ্লোকান্—শেংলবা চরিত্রনা মখোয়গী ওইরিবা; মহাত্মনঃ—

মহাত্মাশিং; অনুবর্ত্তিতা—তুংইন্‌বা; স্বিৎ—ওইগদ্রা; যশসা—মীংচৎনা; সাধুবাদেন্—থাংনা থাগৎলবা; সত্তম।—অফবমীরক্তা খুাইদগী থোইবা ওইরিবশিং।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহারাজ যুধিষ্ঠিরনা হায়রম্মী—"হে অফ-লক্তা থোইরিবশিং, নৌনা পোক্লক্লিবা অঙাংসে ঐথোয়গী রাজবংশদা পোকখিবা নিংথৌশিংগুম্না রাজর্ষি ওইগদ্রা, পুণ্যশ্লোক (চরিতশেংবা) ওইগদ্রা, অদুগা মহাক্কী তৌথোরকপা থবক্না মিংচৎপা ঙমগদ্রা?

নৈনরোল

মহারাজ যুধিষ্ঠিরগী পূর্ব্বপুরুষশিংদি (মপামপুশিংদি) লোইনমক রাজর্ষি ঙাক্কনি, ধর্মচেল্লী অদুগা মখোয়না তৌবা থবক্কীদমক মিংচৎপা থাগৎনবা ঙাক্লি। মখোয় লোইনা নিংথৌগী তাঙবলথক্তা ঋষি ওইনা লৈরম্বা ঙাক্লি। মরমদুনা, রাজ্যগী মী পুম্নমক মুংঙাইরম্মী, ধর্ম্ম চেল্লী, লমচৎ-ব্যবহার ফজরম্মী, লম্মুমদা চাওখৎলম্মী অদুগা পরমার্থগী জ্ঞান লৈরম্বা ঙাক্লি। মাহত্মাশিংনা চেৎনা লুচিং-লম্বনে অদুগা পারমার্থিক অনুশাসনশিংবু চেৎনা ইল্লম্বনে অসিগুম্বা রাজার্ষিশিংনা মতীকচানা শিক্ষা ফংখ, মদুগী ফল ওইনা রাজ্যদু ঋষিগুম্বা মীতা ঙাক্লা থম্না লৈরম্মী অদুগা পারমার্থিক জীবনগী মুংঙাইবা লমদম অমা ওইরম্মী। মহারাজ যুধিষ্ঠির মশামক মপা-মপুগী প্রতিমূর্ত্তি অমা ওইরম্মী, অদুনা মহাক্কী তুংদা লাকদোবা নিংথৌবুসু মহাক্কী চাউরবা মপামপুশিংগুম্ ওইহল্লোংঙম্মী। জ্যোতিষ-গণনাগী মতুং ইন্না অঙাংদু ভগবান্‌গী মহাভক্ত অমা ওইগনি হায়বদু ব্রাহ্মণশিংদগী খঙলুবদা মহারাজ যুধিষ্ঠিরদু মুংঙাহজরম্মী অদুবু অঙাংদু মপামপুগী খুদুঙ ইল্লকদরা হায়বদু থাজবা য়াগদরা হায়না হংজরম্মী। নিংথৌ-পানবা রাজ্যগী মতৌদি অদুনি। পাল্লিবা নিংথৌদুনা ধর্ম্ম-চেন্‌বা থৌনাফবা ভগবদ্ভক্ত অমা ওইগদবনি অদুগা খাঙঙথক্তা হৌরক-চাউরকপা মীগী কিনঙায় ওইগদবনি। মহাক্না লাঞ্জদবা প্রজাশিংবু শাসন তৌননবা মাগা মান্নবা গুণচেন্‌বা নিংথৌ-খুভম শিলহৌ-য়াবা উত্তরাধিকারী থনমগদবনি। হৌজিক্কালগী গণতান্ত্রিক রাষ্ট্রশিংগী মওংসিদদি প্রজা পুম্নমক শূদ্র নত্রগা মখোয়দগী হন্থবা মীতা ঙাক্ত ওইরে; মখোয়গী প্রতিনিধি ওইরিবা অদুগা শাসনগী মরমদা ফংবা শিক্ষানা শাস্ত্রগী মতুং ইন্দবা অদুগুম্বা মীতানা সরকার ওইদুনা শাসন তৌরে। মরমদুনা, কামগা লোভগা অনীনা উৎলকপা শূদ্রগী গুণ মতাগী মুংশিং ঙাক্তা শীংলে। অসিগুম্বা শাসকশিংনা মুমীৎ খুদিংগী মখোয় মশেল থৎনৈ। দলশিংনা নৎত্রগা দল মমুংদা চোংখৎলকপা মী থরনা মশাগী ওইজবা (স্বার্থ) খিবদগী মন্ত্রীমণ্ডল তোয়না হোংগি। মী খুদিংমক রাজ্য লন লৈরিবা পুম্বা মশাগীদমক মানা শিগ্রিবফাওবা লৌথোরুবা লাক্লে। কনাগুম্বা অমতনা নমযুদুনা তোকহল্লিবমথে রাজনীতিগী পুল্লিদগী পোথানীংদে। অসিগুম্বা মীমচাশিংনা প্রজাগী করি অফবা তৌবা ঙমদৌরিবনো? মখোয়গী শাসনগী কনদি শেন্‌জা-থুমজা, অমগা অমগা লৌতু-নবা অদুগা অফ-শাশন্নবা ঙাক ওইবসু মঙায়। মখোয়দা ফম ময়ামসি পীগ্রিদৈদো মখোয়না শ্রীমদ্ভাগবতম্‌দগী শাসকশিংনা করম্না ফীদম্নফম ওইরম্বগে হায়বদু তমগদবনি।

শ্লোক ১৯

**শ্রীব্রাহ্মণা উচুঃ**

**পার্থ প্রজাবিতা সাক্ষাদিক্ষ্বাকুরিব মানবঃ।**

**ব্রহ্মণ্যঃ সত্যসন্ধশ্চ রামদাশরথির্যথা॥ ১৯॥**

### শব্দার্থ

শ্রীব্রাহ্মণাঃ—সৎ-ব্রাহ্মণশিংনা; ঊচুঃ—হায়রম্মী; পার্থ— হে পৃথাগী (কুন্তীগী) মচানুপা; প্রজা—পোক্লবশিংবু; অবিতা—য়োকপা; সাক্ষাৎ—চংচংনা; ইক্ষাকুঃ ইব—নিংথৌ ইক্ষাকুগুম্বা; মানবঃ—মনুগী মচানুপা; ব্রহ্মণ্যঃ—ব্রাহ্মণশিংগী তুংইন্‌ব; সত্যসন্ধঃ—ৱাশকুনা অচুম্বা-চংপা; চ—অমসুং; রাম—ভগবান্ রাম; দাশরথিঃ—দশরথ মহারাজগী মচানুপা; যথা—গুম্না ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

লাইরীক-হৈবা ব্রাহ্মণশিংনা হায়রম্মী—হে পৃথানা পোকপা, অঙাংসি প্রজাশিংবু য়োকপদা মনুগী মচানুপা ইক্ষাকু নিংথৌগা চপমান্নগনি। ব্রহ্মণ্যধর্ম্ম চংপদা, থোইদোক হেন্দোক্লা মশাগী ৱাশক ঙাকপদা মহারাজ দশরথগী মচানুপা সাক্ষাৎ ভগবান্ রামচন্দ্রমক্কা মান্নগনি ।

### নৈনরোল

'প্রজা'গী অর্থদি প্রাকৃত জগত্তা পোকপা জীব হায়বনি। থাঙ্জেশেংবদি জীবদি পোকপা শিবা নাইদে, অদুবু মহাক ভগবান্‌গী সেবাদগী তোঙানন্তারকপা মরম্না অদুগা ভৌতিক প্রকৃতিগী মপূ ওইনীংবা মরম্না মাগী সংসার-বাসনা (সংসারদা লৈরগা ওইবা অপাম্বা) অদু থুংননবগীদমক মদুগী মতীক-ওকপা দেহে অমা মঙোন্দা পী। মদুম্না তৌবদা জীবদো মায়া-বন্ধ ওইরকয়ি। অদুগা মাগী কর্ম্ম মতুঙ ইন্না মাগী দেহেদু হোংঙী। জীবাত্মানা মতৌ অস্মুন্না হকচাঙ অমদগী হকচাঙ অতোপ্পা অমদা জীবগী মপোক ৮৪০০,০০০ গী মনুঙদা পোক্লুনা কোয়চং চংলী। অদুবু মহাক ভগবান্‌গী অংশ অমা ওইবনিনা ভগবান্না মাগী হিংননবা অচঙপোৎ পীদুনা য়োকপী। অদুগা অমুকন্দু জীবদুবু ভগবান্‌গা অমসুং মাগী প্রতিনিধি ওইরিবা ঋষি-ওইবা নিংথৌশিংনা ঙাকশেল্লী। প্রজাশিংনা হিংদুনা মখোয়গী মায়া-লাংদা থুবগী মিয়াদ অদু লোইবা ঙম্নবা হায়দুনা মখোয়বু রাজর্ষিশিংনা ঙাকশেন্‌বী। মহারাজ পরীক্ষিৎ অদু ফীদমনিঙাই ওইবা রাজর্ষি অমা তশেংনা ওইরম্মী, মরমদি মহাক্না মাগী রাজ্যদা কোয়থোকরকপা মতমদা গতি-লৈত্রবী শন্‌বী অমবু মুত্তি ওইনা চোংথোবকপা কলিনা হাৎকদবগী তৌরম্বদু উশল্লরে; মহাক্না কলিদুবু জীব-হাৎপা অমনি হায়দুনা চৈরম্মী। মসিগী অর্থদি অসিনি মদুদি মী-নত্তবা শা-শলগী জাৎপুন্ন রাজর্ষিশিংনা ঙাকশেল্লী হায়বসি মথম্মোইনা মুংশিরুবগী ৱা ঙাক নত্তে, প্রাকৃত জগৎসিদা পোকপু পোক্লবদি পোক্লিবা জীবশিংদুগী হিংননবা হক লৈ হায়বগী মরমদগীনি। সূর্য্যমণ্ডলদা পাল্লিবা নিংথৌদগী হৌরদুনা মর্ত্যলোকসিগী নিংথৌফাওবা য়াওনা রাজর্ষি পূম্নমক্না বৈদিক সাহিত্যগী প্রভাবতগী জীববু কন্‌বা হায়বা পুকচেল চেল্লী। বৈদিক সাহিত্যদি অৱাঙবদা লৈরিবা লোকশিংদসু তাকপী; মদুগী ৱাদু ভগবদ্গীতাদা (৪।১) য়াওরি। মদুদি ভগবান্না সূর্য্যদেবদা (বিবস্বান্‌দা) তাকপী; অদুদগী বিদ্যাশিংদু পরম্পরা মতুঙ ইন্না সূর্য্যদেবনা মচানুপা মনুদা অদুগা মনুদগী মহারাজ ইক্ষ্বাকুদা তাকপীখি। ব্রহ্মাগী নোংমগী মনুঙদা মনু তরামরি লৈ; শ্লোকসিদা পল্লিবা মনুদি তরেৎশুবা মনুনি, মহাক প্রজাপতিশিংগী (মচা পোকপশিংগী) মরক্ত অমনি অদুগা মহাক সূর্য্যদেবগী মচানুপানি। মহাক বৈবস্বত মনু হায়না খঙনৈ। মাগী মচানুপা ভরাথক লৈরম্মী অমসুং মহারাজ ইক্ষ্বাকু মখোয়দুগী মরক্ত অমনি। মহারাজ ইক্ষাকুন্দু ভগবদ্গীতাদা তম্বিখিবা ভক্তিযোগদু মপাবুঙ মনুদগী তমজখি, মনুনা তমখিবনা সূর্য্যদেবদগীনি। মতুঙদা ভগবদ্গীতানা তাকপা যোগসি মহারাজ ইক্ষ্বাকুদগী মথঙ মথঙ চংথরকখি, অদুবু মতমগী পোয়রৈ মতুঙ ইন্না অমুক লুপ্তুনা মাঙখি। মরমদুনা মদু অমুক নৌহৌননা কুরুক্ষেত্র-লানফমদা

অর্জুনদা তম্বিবা তাখি। মরমসিনা বৈদিক সাহিত্য পুম্নমক প্রাকৃত জগৎ সৃষ্টি তৌবা হৌবদগী চৎলক্লিবনি, মতৌ অসুম্না বৈদিক সাহিত্যশিংসে 'অপৌরুষেয়' (মীনা লেংবা নত্তবা) হায়না খণ্ডনরিবনি। বৈদিক-জ্ঞানসি ভগবান্না হায়খিবনি, অদুগা ব্রহ্মাণ্ডসিগী ইহান্-হান্বা শেম্বা জীব ওইবা ব্রহ্মানা জ্ঞানসিবু ইহান হান্না শ্রবণ তৌখিবনি।

মহারাজ ইক্ষ্বাকু—বৈবস্বত মনুগী মচানুপাশিংগী মরক্তা অমনি। মহাক্কী মচা চামা লৈরম্মী। মহাক্না শা-চাবা থিংখি। মচানুপা যথাদনা মহাক্না শিরগা মাগী হেক থংনবা নিংথৌ ওইখি।

মনু—নৈনরিবা শ্লোকসিদা পল্লিবা ইক্ষ্বাকুগী মপাবুংঙো মনুদি বৈবস্বত মনু কৌবা তরেৎশুবা মনুনি। বৈবস্বতসি সূর্য্যদেব বিবস্বান্গী মচানি। বিবস্বান্দা ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনা ভগবদ্গীতাদু অর্জুন-দা তম্বিখ্রিবেঙী মমাঙদা তম্বিখিবনি। মীওইবা জাতিসি (মানব জাতিসি) মনুগী মচা-মশুনি। বৈবস্বত মুনিসিগী মচানুপা তরানি, মখোয়গী মিংদি—ইক্ষ্বাকু, নভগ, ধৃষ্ট, যর্যাতি, নারিষ্যন্ত, নাভাগ, দিষ্ট, করূষ, পৃষধ্র অমসুং বসুমন্। ভগবান্গী অবতার মৎস্য (ঙা অচৌবা) বৈবস্বত মনুনা পান্বা হৌরকপদা অবতার তৌখিবনি। বৈবস্বত মনুনা মপাবুং সূর্য্যদেব বিবস্বান্দগী ভগবদ্গীতা তম্বখিবনি, অদুগা মহাক্না অমুক গীতাসিমক মচানুপা ইক্ষ্বাকু নিংথৌদা তাকপিখি। ত্রেতা যুগ হৌরকপদা সূর্য্যদেবনা মনুদা ভক্তিযোগ তম্বিখি, অদুগা অমুক মনুনা মচানুপা ইক্ষ্বাকুদা মীওইবা সমাজ পুম্নমক্কী মঙ্গল ওইননবগীদমক যোগসি তম্বিখিবনি।

ভগবান্ রাম—পরমেশ্বর ভগবান্না মহাক্কী শুদ্ধ ভক্ত ওইবা অযোধ্যাগী নিংথৌ মহারাজ দশরথগী মচানুপা ওইদুনা শ্রীরাম হায়না অবতার তৌখি। ভগবান্ রাম মাগী কায়ব্যূহশিংগা লোয়ননা মর্ত্যদা কুমথরকখি, মাগী কায়ব্যূহশিং অদুনা মহাক্কী মনাওনুপা ঙাক ওইখি। ত্রেতাযুগদা চৈত্র থাগী পানখৎলকপা মাপন্নি চনবদা ভগবান্না মহৌশাগুম্না ধর্ম্ম লিংনবা অদুগা মীওৎপশিংবু মাঙহন্নবগীদমক ভগবান্না অবতার তৌখি। মহাক্না নহা ওইরিঙৈদা সুবাহু হাৎলগা মুনি-ঋষিশিংগী নিতি-তৌবা কর্ম্মবু থুগায়বা মারীচ হিংচাববু য়ৈথদুনা বিশ্বামিত্র মুনিবু মতেঙ পাংখি। ব্রাহ্মণশিংগা ক্ষত্রিয়শিংগা অনীসি প্রজ-সাধারণগী য়াইফনবগীদমক খোঙমান্ননা তিন্ননা চৎমিন্নগদবনি। ব্রাহ্মণ ঋষিশিংনা মীয়ামবু খ্বাইদগী থোইবা জ্ঞান পীগদবনি অদুগা ক্ষত্রিয়শিংনা মীয়ামবু ঙাকশেন্গদবনি। মীওইবগী খ্বাইদগী য়াংবা ধর্ম্ম 'ব্রহ্মণ্যধর্ম্ম' হায়বসি ঙাক্লনবা তৌবগীদমক শ্রীরামচন্দ্র আদর্শ রাজা অমনি। ভগবান্দি থোইদোক-হেন্দোক্না শল ব্রাহ্মণশিংগী রক্ষাকর্ত্তানি, মরমদুনা মহাক্না পৃথিবীগী চাওখৎপা হেজৎহল্লি। মহাক্না বিশ্বামিত্রবু থাজন্দুনা অধিষ্ঠাত্রী-দেবতাশিংদা মশুগ লৈবা খুংলাই হিংচাবশিংবু জয় তৌনবা পীখি। মহাক্না জনক নিংথৌগী ধনুর্যজ্ঞদা য়াওখি অদুগা কনামতনা মায়থীবা ভমত্রবা ধনু অদু থুদেক্লগা জনক মহারাজগী মচাবেম্মা সীতা দেবীবু লুহোংখি।

লুহোংলবা মতুঙদা মপাবুং মহারাজ দশরথগী য়াথং মতুঙ ইন্না চহী তরামন্নি বন-বাস তৌখি। লাইয়ামশিংগী শাসন্দা মতেঙ পাংবগীদমক মহাক্না হিংচাবা লীশীং তরামনি হাৎখি, অদুগা হিংচাবা ময়াম লৌতুনরগা মাগী তালোই সীতাদেবীবু রাবণ নিংথৌনা চুখি। মহাক সুগ্রীবগা মরুপ শান্নখি; মহাক্না সুগ্রীবগী ময়াম্বা বালিবু হাৎলগা মরুপকী মতেং পাংখি। ভগবান্ রামগী মতেংনা সুগ্রীবনা বানরশিংগী (গোরিলা কৌবা য়োং শাগৈ অমগী) নিংথৌ ওইখি। ভগবান্না ভারত মহাসাগরগী মথক্তা মুঙলাওবীগী থোং অমা শাখি অদুগা সীতাবু হুরান্বা রাবণগী লৈবাক লঙ্কাদা য়োখি। মতুঙদা মহাক্না রাবণবু হাৎখি অদুগা রাবণগী মনাও বিভীষণবু লঙ্কাগী সিংহাসন মথক্তা কাহন্খি। বিভীষণ রাবণ হিংচাবগী মনাওশিংগী মরক্তা অমনি, অদুবু রামচন্দ্রগী আশীর্ব্বাদনা বিভীষণবু

অময় ওইহনখি। চহী ভগ্নামরি শুরবদা লঙ্কাগী থবক লোইশিল্লবা মতুংদা ভগবান্ রামচন্দ্র মরৈবাক অযোধ্যাদা লৈগী দোলাই খোঙবেংলগা লেঙলকখি। মহাক্না মনাওমুপা শত্রুঘ্নবু থাহুনা মথুরাগী নিংথৌ লবণ হায়বা হিংচাববু হাৎহন্খি। মহাক্না অশ্বমেধ যজ্ঞ ভরায়ক তৌখি অহুগা কোম্মংদা সরযূ তুরেন্দা স্নান তৌনা তৌনা থ্ংপখি। মহাকাব্য রামায়ণ অহু মালেমদা ভগবান্ রামচন্দ্রনা তৌখিবা লীলাশিংহুগী ইতিবৃত্তনি; প্রামাণিক ওইবা রামায়ণ অহু মহাকবি বাল্মীকিনা ইরম্বনি।

শ্লোক

**এষ দাতা শরণ্যশ্চ যথা হ্যৌশীনরঃ শিবিঃ।**
**যশো বিতনিতা স্বানাং দৌষ্যন্তিরিব যজ্বনাম্ ॥ ২০॥**

শব্দার্থ

এষঃ—অঙাঙ অসি; দাতা—পীনহৈবা মী; শরণ্যঃ—চঙজরক্লবা মীবু ঙাকশেন্‌বিবা, চ—অমস্তুং; যথা—শুম্না; হি—লেপ্নমক; ঊশীনরঃ—ঊশীনর দেশগী; শিবিঃ—শিবি; যশঃ মীংচৎ; বিতনিতা—শন্দোকপা মী; স্বানাম্—মরীমতাশিংগী; দৌষ্যন্তি—দুষ্যন্তগী মচানুপা ভরতকী মতৌশুম্না; যজ্বনাম্—যজ্ঞ য়াম্না তৌরবশিংগী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অঙাঙ অসি ঊশীনর দেশগী মীংচৎলবা নিংথৌ শিবিশুম্না দান-তৌগন্‌বা অমস্তুং চঙজরক্লবা মীবু ঙাকশেন্‌বীবা অমা ওইগনি। মহাক্না মহারাজ দুষ্যন্তগী মচানুপা ভরতকুম্না মাগী বংশগী মীংচৎ শন্দোক্লগনি।

নৈনরোল

নিংথৌদি দান তৌবগীদমক, যজ্ঞ তৌবগীদমক, অহুগা ংঙোন্দা চঙজরকপা মীবু ঙাকশেন-বিবগীদমক মথিং চৎলী। ক্ষত্রিয় নিংথৌ অমনা চঙজরক্লবা মীশিংবু ঙাকশেনবিবগীদমক চাউথোকচে। নিংথৌ অমগী অসিগুম্না পূকচেলবু 'ঈশ্বরভাব' হায়বদি মরম চুম্না ঙাকশেমবিবগী অওইবা শক্তি কৌই। ভগবদগীতাদা ভগবান্না জীবশিংবু মঙোন্দা চঙজো হায়না তাকপী, অহুগা মহাক্না জীব পুম্নমক্তু ঙাকপী শেন্‌বীগনি হায়না বাশকই। ভগবান্দি সর্ব্বশক্তিমান্নি অহুগা বাশক-ঙাকপনি মরমহুনা মহাকী মথল মথাগী ভক্তশিংবু কদৌঙৈদসু ঙাকশেনবিদনা থক তোক্তে। নিংথৌদি ভগবান্‌গী প্রতিনিধি ওইবা মরম্না চঙজরকপা মীশিংবু থবাই থারফাওবদা ঙাকশেন্‌বীনবা পূকচেল অসি চেন্দবা য়াদে। ঊশীনরগী নিংথৌ শিবি মহারাজহু যযাতি মহারাজগী চাম্বা মরূপ অমনি, যযাতিহু মহারাজ শিবিগা লোয়নবা স্বর্গগী লোকশিংদা য়োৌবা ঙমখি। মহারাজ শিবিনা শিরবা মতুঙদা করম্বা লোকদা মাবু লৈহনগদগে হায়বহু থঙজরম্মী; স্বর্গলোকসিগী বর্ণনাহু মহাভারত-তা য়াওরি (আদিপর্ব্ব, ৯৩/৬-৯)। মহারাজ শিবিসি করম্বা দাতানো হায়ববু মহাক্না স্বর্গরাজ্যদা, লৈরুনবা তানসন্‌জবা মকমহু যযাতিদা পীনিংলম্মী; অহুবু যযাতিনদি লৌখিদে। যযাতিনা অষ্টক-নচিংবা মহর্ষিশিংগা লোয়ননা স্বর্গলোকদা কাখিরম্মী। স্বর্গলোক তম্না চংপা মতমদা যযাতিনা ঋষিশিংগী মকমদা শিবিগী পুণ্যকর্ম্মশিংগী বারী লীরম্মী। মহাক যমরাজগী রাজসভাগী সদস্য ওইরুরে অহুগা যমরাজদো মহাকী লাংনঙাই লাই ওইখি। ভগবদগীতানা দেবতাশিং লাংপা মীশিংনা

দেবতাশিংগী নাক্তা চৎলী হায়না তাক্লী ( যান্তি দেবব্রতা দেবান্ ) ; মরমত্থুনা লোক অত্থুদা বৈষ্ণব মকোক ওইরিবা যমরাজগী মহারাজ শিবি পার্ষদ অমনি। মহাক্না মালেমদা লৈরিঙৈদা দাতা অমত্তুং শরণ্য ওইনা মীংচৎলম্মী। স্বর্গলোকগী নিংথৌনা নোংমদি খুমু-তান্নরকপা উচেক (ঈগল) অমগী মশক লৌখি অত্থুগা অগ্নিনা ( মৈ-লাইনা ) খুমু অমগী মশক লৌখি। ঈগল উচেক্না তান্নরকপদা, খুমুত্থুনা মহারাজ শিবিগী তম্পাক্তা চঙজরকখি। শাদান্বা ঈগল অত্থুনা খুমুত্থু নিংথৌদগী পামখি। নিংথৌনা অতোপ্পা শত্থম পীজগে হায়খি অত্থুগা খুমুত্থুবু হাৎকমু হায়না ঈগলত্থুদা হায়খি। ঈগলত্থুনা নিংথৌনা হায়বত্থু য়ারমদে, অত্থুবু কোম্বংদদি নিংথৌগী হকচাঙদগী খুমুগী শত্থম লুম্বা মান্নবা শক্কক অত্থু চারবদি য়াগনি হায়না য়ানখি। নিংথৌনা মশাদগী শদোঙ কক্লগা সেরফালাদা খুমু থম্নগা খুমুগা লুম্বা মান্ননবা ভৌরম্মী। অত্থুবু শক্লোৎপা খুমুনা মতমপুম্বদা হেন্না লুমত্থুনা ঙাক লৈরম্মী। অত্থুদগীদি নিংথৌত্থুনা মশামক খল মথক্তা কারগা খুমুত্থুগা লুম্বা মান্ননবা তৌখি। মত্থুদা দেবতাশিংনা নিংথৌত্থুবু পেন্‌খি। স্বর্গগী নিংথৌগা অগ্নিদেবগা অনীনা মশক অশেঙবত্থু উৎলক্লে অত্থুগা নিংথৌবু মখোয়না বর পীখি। দেবর্ষি নারদত্থু শিবি মহারাজবু দাতা অমত্তুং শরণ্য ওইবনচিংবা থবক অ.চৌবশিংগীদমক থাগৎখি। মহারাজ শিবিনা মাগী লৈবাক্কী প্রজাশিংবু পেলত্থনবগীদমক মচানুপাবু কৎখি। মতৌ অমুম্না অঙাং পরীক্ষিৎনা দাতা অমত্তুং শরণ্য ওইবদা অনীগুবা শিবি ওইগদৌরম্মী।

দৌষ্মন্ত ভরত—ইতিহাসতা থেংনবা ভরতকী মশীঙ য়াংগ্রে; মখোয়ত্থুগী মনুঙদা ভগবান্ রামগী মনাওবুঙেঙা ভরত, ঋষভ নিংথৌগী মচানুপা ভরত, অত্থুগা মহারাজ দুষ্যন্তগী মচাবুঙেঙা ভরত য়াম্না মীংচৎপনি। ভরত ময়ামসি ব্রহ্মাণ্ডগী ইতিহাসদা খঙনরিবনি। পৃথিবী কৌবা লোক অসি ঋষভগী মচানুপা ভরতকীদমক ভারত নক্সগা ভারতবর্ষ হায়না খঙনরিবনি, অত্থুবু খরমনা দুষ্যন্তগী মচানুপা ভরতনা পান্‌বা মরম্না লমদমসিবু ভারত হায়না কৌখিবনি হায়। ঐখোয়না য়ানীংবগী বা হায়রগদি, লমসিগী মিং ভারতবর্ষ হায়রবসি ঋষভ নিংথৌগী মচাবুঙেঙা ভরতনা পান্‌বা মতমদা থোনখিবনি। মহাকী মমাঙদা লমদমসি ইলাবতীবর্ষ হায়না খঙনরম্মী, ঋষভগী মচাবুঙেঙা ভরতনা ফম্বাল তোংবা হেক মতুঙদগী ল.দমসি ভারতবর্ষ হায়না মীংচৎখি।

অত্থুবু মসি পুম্বা হায়ন-হায়নমক, মহারাজ দুষ্যন্তগী মচাবুঙেঙা ,ভরত অত্থুত্থু থোইনা হম্ববা নৎলমদে। মহাক শক-কক্সবদা মীংচৎলবী শকুন্তলাগী মচানুপানি। মহারাজ দুষ্যন্তনা বন কোয়রকপদা শকুন্তলাগা মুংশিনখি, অত্থুগা ভরতকী মক্ক হুন্‌খিবনি। অত্থুদগী মুনি অমগী শাপ্তগী মহারাজ দুষ্যন্তনা শকুন্তলাবু কাউথোকখি, অত্থুগা অঙাঙ ভরতপু বন মনুঙদা মমানা য়োকখি। মহাক অঙাঙ পীশক ওইরিঙৈগী মনুঙদফাওবা নোংশা অমত্তুং শামুশিংগা শীঙনৈ অত্থুগা অঙাঙ পিশকশিংনা চুই হৌদোঙগা শারমিন্নবগুম শাশিংত্থুগা লাম্থেংনরম্মী। মুপামচা মহাক্না অত্থুক হাক্না কল্লবত্থুদা, করি হায়নি হৌজিকালগী টার্জান্দগী হেন্না কল্লবত্থুদা ঋষিশিংনা মহাকপু 'সর্ব্বদমন' হায়রবদি লোইনমকপু লাকৃথু ভম্বা হায়না মীংথোন্‌খি। মহারাজ ভরতকী বারীত্থু মহাভারতকী আদিপর্ব্বদা মপুঙ ফানা য়াওবনি। পাণ্ডবশিং হায়রবদি কুরুশিংবু করিগুম্বা মতমদা 'ভারত' হায়না কৌনৈ, মরমদি দুষান্ত নিংথৌনা পোকপা মহারাজ ভরতকী বংশদা মখোয় পোকপনি।

শ্লোক ২১

**বধিমানগ্রমীরেষ তুল্যশ্চার্জুনয়োর্ষয়োঃ।**
**হুতাশ ইব দুর্দ্ধর্ষঃ সমুদ্র ইব দুস্তরঃ॥২১॥**

## শব্দার্থ

ধন্বিনাম্—তেলহৈবশিংগী; অগ্রণীঃ—লুচিংবা; এষঃ—অঙাঙসি; তুল্যঃ—চাংদমন্নাইনি, মান্নবনি; চ—অমসুং; অর্জুনয়ঃ—অর্জুনশিংগী; দ্বয়ঃ—অনীগী; হুতাশঃ—মৈ; ইব—গুম্না; দুর্ধর্ষঃ—খিংঙমদবা; সমুদ্রঃ—সমুদ্র; ইব—গুম্না; দুস্তরঃ—লানঙমদবা।

## মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অঙাঙসি অর্জুন অনীগুম্না (হায়বদি পার্থ অর্জুন অমসু কার্তবীর্য্য অর্জুনগুম্না) তেলহৈবশিংগী মরক্তা লুচিংবা ওইগনি। মহাক মৈগুম্না ঙম্বিনঙাই লৈরোই-অহংগা সমুদ্রগুম্না লানঙমদবা ওইগনি।

## নৈনরোল

ইতিহাসদা অর্জুন অনী য়াওরি। অমনা হৈহয়গী নিংথৌ কার্তবীর্য্য অর্জুন-নি; অমনা অঙাঙসিগী মবুথৌ অর্জুননি। অর্জুন অনীমক তেল হৈবগীদমক কাওরিবনি। অঙাঙ পরীক্ষিৎ অদু মখোয়নীসিগা লান্থেংনবগী থৌবদা মান্নগনি হায়না হান্ননা হায়রিবনি। পাণ্ডব অর্জুনগী মরমদা তেন্তরা বর্ণনা অমা মথাদা পীরি।

পাণ্ডব অর্জুন—ভগবদগীতাগী অচৌবা বীর অমনি। মহাক মহারাজ পাণ্ডুনা পোকপা ক্ষত্রিয় অমনি। মহারাণী কুন্তীনা দেবতাশিংবু অমা হেক্তা কৌবা ঙম্মী, অদুনা মহাক্না ইন্দ্রবু কৌখি, অর্জুনসি ইন্দ্রনা পোকপনি। মরমসিনা অর্জুনদো স্বর্গগী নিংথৌ ইন্দ্রগী অংশনি। মহাক ফাল্গুন (লমদা ফেব্রুবারী-মার্চ) হায়বা থাদা পোকপনি, মরমদুনা মহাকপু ফাল্গুনি হায়নসু কৌই। মহাক্না কুন্তীগী মচানুপা ওইনা পোকপা মতমদা মহাক তুংদা অচৌবা অমা ওইরকনি হায়না আকাশবাণী তৌখি; অদুগা ব্রহ্মাণ্ডগী তোঙান্-তোঙান্বা লমদগী মরু মরু ওইবশিং হায়বদি দেবতাশিং, গন্ধর্বশিং, (সূর্য্যমণ্ডলদগী) আদিত্যশিং রুদ্রশিং, নাগশিং, ঋষি মরু মরু ওইবশিং অদুগা অপ্সরাশিং লোইনমক মহাক্কী জন্ম-উৎসব য়াওরখি। অপ্সরাশিংনা জগোই শাদুনা (স্বর্গগী জগোই শাবী) অদুগা ঈশৈ শকুনা ময়াম পুম্নমকপু পেলহন্খি। কৃষ্ণগী মপাবুং অদুগা অর্জুনগীদি মাতুল বসুদেবনা মহাক্কী পুরীৎ-প্রতিনিধি কাশ্যপ মুনিবু শাস্ত্রগী মতুঙ ইন্না সংস্কার-বিধি পুম্নমক তৌথোকপিনবা থাগখি। মহাক্কী নামকরণ (মিংথোন্বা) সংস্কারদু শতশৃঙ্গদা ঋষিশিংগী মমাঙদা তৌখি। মহাক মুপী মরি লুহোঙখি. মখোয়দুদি দ্রৌপদী, সুভদ্রা, চিত্রাঙ্গদা অমসুং উলুপী হায়বসিনি। মখোয় মরিনা মচাংশিংনা শ্রুতকীর্ত্তি, অভিমন্যু, বভ্রুবাহন অমসুং ইরাবান কৌবা মচা মরি পোকখি।

মহাক্না মহৈ তমগদবা মতমদা মহাকপু অতৈ পাণ্ডশিং অমসুং কুরুশিংগা লোয়ননা ওজা দ্রোণাচার্য্যগী মফমদা শিন্নখি। মহৈ হৈনীংবা মহাক্না খ্বাই পুম্নমক্তগী হেন্না, মহাক্না গুরুবু মুংশিবা মগুম্না দ্রোণাচার্য্য থম্মোই চিংশন্খি। দ্রোণাচার্য্যনা মহাকপু মকোক ওইনা থন্খি, অদুনা থরাই য়াওনা মুংশিবদগী মঙোন্দা লান্গী বিদ্যা পুম্বা হৈহল্লমী। মহাক মহৈ তম্বদা মথরাই কয়ামুক য়াওরবগে হায়ববু অহিংদসু মহাক্না তেল ঙাইখি; মরমসিনা ওজা দ্রোণাচার্য্যনা অর্জুনবু পৃথিবীগী মকোক-থোংবা তেলহৈবা হায়বদু ওইহল্লগে হায়না পুক্নীং চপ লেপখি। মহাক্না লক্ষ্য ককপগী পরীক্ষাদা য়াম্না ফজনা ঙমখি অদুগা দ্রোণাচার্য্যনা য়াম্না হরাওজখি। মণিপুর অমসুং ত্রিপুরা রাজ্যগী নিংথৌশাগেশিংসে অর্জুনগী মচানুপা বভ্রুবাহনগী মচা-মণ্ড ঙাক্নি। অর্জুন-না দ্রোণাচার্য্যবু কুম্ভীরনা লাকপদগী কনখি, মদুদা আচার্য্যনা পেন্নদুনা ব্রহ্মশির কৌবা খুৎলাই অমা মনা ওইনা পীখি। মহারাজ দ্রুপদ হায়বদু দ্রোণাচার্য্যগা য়েক্নরম্মী; অদুনা মহাক্না আচার্য্যগী মথক্তা লান্দারকপা মতমদা অর্জুন-না দ্রুপদবু ফারগা দ্রোণাচার্য্যগী মমাঙদা পুরকখি। মহাক্না মহারাজ

দ্রুপদগী অহিছত্র কৌবা নগর অমা লাজোই চল্লম্মী অদুগা নগরদু লৌরগা দ্রোণাচার্য্যদা কৎ-লম্মী। ব্রহ্মশির খুৎলাই শীজয়বগী অথুম্না মরোল পূম্নমক শুগাইনা অর্জ্জুন-দা তাকপিখি; অদুগা দ্রোণাচার্য্য মশামক্না অর্জ্জুনগী য়েক্লবা ওইরবা মতমদা করিগুম্বা তঙাইফদ্রবদদা খুৎলাইদু শীজয়গে হায়না অর্জ্জুন-বু দ্রোণাচার্য্যনা বাশকহনখি। মসিনা কুরুক্ষেত্রগী খোল্লকদবা লান অদুদা দ্রোণচার্য্যনা য়েক্লবগী মীচঙ চঙখিবদুম্বী বাকমদু মাঙজোননা কোঙদোকখিবনি। দ্রোণগীদমক অর্জ্জুন-না দ্রুপদবু মায়থীবা পীরম্নবদু দ্রুপদ নিংথৌনা মচানুপী দ্রৌপদীবু নহামচা লাজোইদুদা খাজগে হায়না লেপখি। অদুবু দুর্য্যোধনা থৌরাংদুনা শাবা চাগী শঙদা মৈনা চাকপদা অর্জ্জুন শিখরে হায়বা ওইদবা পাউ তাবদগী দ্রুপদগী নীঙবা কায়রখি। মরমদুনা 'সিলিংদা (*ceiling*) য়ান্দুনা থম্বা ঙা অমগী মমীৎতা তেনৃজৈ চঙহনবা ঙম্বা বর অমা দ্রৌপদী মশামক্না খনজনবা (স্বয়ংবর তৌনবা) দ্রুপদনা থৌরাংখি। থৌরাংসি তৌখিবগী মরমদি অর্জ্জুন-তনা হায়রিবা লক্ষ্যসি পানব; ঙমগনি, অদু ওইরবদি অর্জ্জুনগা মান্নন মতীকচাববী মচানুপীবু অর্জ্জুন-দা পীগে নীংজবদু থুংবা য়াই। অর্জ্জুনখোয় মচীম্ননাওশিংদু মতমদুদা দুর্য্যোধনগা হায়নদুনা য়ানবা বাকম অমগী মতুঙ ইন্না শক লোংতুনা লৈরম্মী; মখোয় পুন্নগা ব্রাহ্মণ শাদুনা দ্রৌপদীগী স্বয়ংবরদা য়াওখি। ক্ষত্রিয়মচা নিংথৌশিংনা দ্রৌপদীদো লায়রবা ব্রাহ্মণ অমবু মপুরোইবা ওইরগে হায়না লৈ দুল্লম্বা উরম্বা মতমদা শ্রীকৃষ্ণনা বলরামগী মফমদা অর্জ্জুনগী মশক হায়দোল্লম্মী।

মহাক্না হরিদ্বারদা (হরদ্বারদা) উলুপীগা থেংনখি, নাগলোক লমগী লৈশাবী অমনা মপুক্লীং দুখি, মতৌ অসুম্না ইরাবান পোকখিবনি। মতৌ অদুগুম্না মহাক্না মনিপুরগী নিংথৌগী মচানুপী চিত্রাঙ্গদাগসু থেংনখি, মতৌ অদুম্না বভ্রুবাহন পোকখি। শ্রীকৃষ্ণগী মচন্ ইবেম্মা সুভদ্রাবু অর্জ্জুন-না দুবদা কৃষ্ণনা তেঙবাঙখি মরমদি বলদেবনা মচনবু দুর্য্যোধন-দা পীনীংঙম্মী। যুধিষ্ঠিরনসু শ্রীকৃষ্ণগা য়ানরম্মী, অদুনা সুভদ্রাবু অর্জ্জুন-না দুখি অদুগা লুহোংখি। সুভদ্রাগী মচাদি অভিমন্যুনি। অভি-মন্যুনা শিরবা তুংদা মচানুপা পরীক্ষিৎ মহারাজসি পোকপনি। অর্জ্জুন-না খাণ্ডব বন মৈ থাদুনা অগ্নিদেববু পেলহনখি, অদুম্না পেন্বদগী অগ্নিদেবনা অর্জ্জুন-দা খুৎলাই ঙমা পীখি। অর্জ্জুন-না খাণ্ডব বন মৈ থাবা অদুদা ইন্দ্রনা শাঙখি, অদুনা ইন্দ্রনা লাইয়ামগা লোয়ননা অর্জ্জুনগা লান্থেং-নখি। মখোয় অর্জ্জুনগী মথুঙা মায়থীদুনা ইন্দ্রদেব মরৈবাক স্বর্গদা হনখি। অর্জ্জুন-না ময়াসুর কৌবা অমদা ঙাকশেনবিগনি হায়না বাশকখি অদুগা ময়াসুরনা দেবদত্ত কৌবা মোইবুঙ মমল-য়াম্বা অমা খুদোন তৌখি। মতৌ অসুম্না মগাক্কী মথৌনা উবদা পেন্বদগী ইন্দ্রদেবনসু মমল য়াম-য়াম্নবা খুৎলাই ময়াম অমসু পীরক্তুনা কংখি।

মগধগী নিংথৌ জরাসন্ধবু মায়থীবা পীবা ঙমদদুনা মহারাজ যুধিষ্ঠিরনা নীঙবা কায়রবদা অর্জ্জুন-না যুধিষ্ঠির মহারাজদা জরাসন্ধবু শোয়দনমক হাৎকনি হায়দুনা আশা পীখি। অসুম্না অর্জ্জুনগা ভীমগা অমসুং ভগবান্ কৃষ্ণগা জরাসন্ধ হাৎননবগীদমক মগধ তম্না খোঙশান্খি। নিং-থৌরেন খুদিংমক্কী অভিষেক তৌরবা মতুঙদা তৌকম থোকপা হোনবী ওইনা, পৃথিবীদা লৈরম্বা নিংথৌ অতৈশিংবু পাণ্ডবশিংগী মখা পোলহন্নবা মহাক্না থোকপ্লবা মতমদা কেলিন্দ কৌবা দেশদু মহাক্না জয় তৌখি অদুগা ভগদত্ত নিংথৌবু পাণ্ডবকী মখা পোলহনখি। অদুদগী মহাক্না অন্তগিরি, উলুকপুর অমদি মোদপুরনচিংবা দেশ ময়াম কাওদুনা চৎখি অদুগা মখোয়গী নিংথৌশিংবু পাণ্ড-বকী মখা পোলহনখি।

মতম অমদা অর্জ্জুন অকন্‌বা তপ তৌখি অদুগা মতুংদা ইন্দ্রদেবনা মদা পীখি। ভগবান্ শিবনদু অর্জ্জুনগী পাঙল চাংয়েংগে তৌখি, অদুগা কিরাতকী শক লৌরগা শিবনা মহাকা থেং-নরম্মীঃ মথোৎনি লান কন্না শোক্লখি, অদুগা কোন্থংলা শিব ভগবাননা মাবু লেনখিদ্রবদুনা মশক তাকখি। অদুদগী অর্জ্জুন-না য়াম্না নোঙ্গনা শিবদা স্তব তৌখি, মদুদা শিবনা লেনদুনা পশুপত কৌবা খুৎলাইদু পীরকখি। মহাক্না মেনকা অতৈদগীসু খুৎলাই মথল ক্রখল কংজখি। মহাক্না যমরাজ-দগী মণ্ডাম, বরুণদগী পশাম অদুগা স্বর্গগী কোষাধ্যক্ষ কুবেরদগী অন্তর্ধান-অস্ত্র কৌবা খুৎলাইশিং ফংখি। চন্দ্রলোকগী মাংমদা লৈবা ইন্দ্রলোক-হায়বা স্বর্গগী রাজ্যদা ইন্দ্রনা অর্জ্জুনবু লাকহল্লিংখি। লোক অদুদা মহাকপু মকমদুদা লৈরম্বশিংনা তরাম তরাম ওক্লম্মী, ইন্দ্রদেবগী রাজসভা-সু মহাকপু তরাম তরাম ওকখি। অদুদগী মহাক্না ইন্দ্রগা উনখি, ইন্দ্রনা মহাকী বজ্র কৌবা খুৎলাই পীখিবদা নত্তনা স্বর্গলোকদা শীঙ্গনবা লানগী অমসুং পুঙ-ঈশেগী বিদ্যা মঙোন্দা তম্বিরকখি। অমরোমদা হায়রগদি ইন্দ্র অর্জ্জুনগী অশেংবা মপানি, মরমদুনা মহাক্না অর্জ্জুনবু স্বর্গগী অপ্সরা উর্ব্বশী কৌবী শকহেনমদু ভোগ তৌহন্নীংলম্মী। স্বর্গগী অপ্সরাশিংদি করাম চাউবী ঙাক্লি, অদুনা উর্ব্বশী মীওইবা জাতিগী থাইদকননা অর্জ্জুনগা সঙ্গ তৌনীংলম্মী। মহাক্না অর্জ্জুনগী কাদা চংলগা মাগী মপুক্লীং ফোঙদোক্লম্মী অদুবু অর্জ্জুন-না উর্ব্বশীগী মমাংদা মীৎ উইশল্লগা অমসুং মহাকপু মমা কুন্তী, মাদ্রী অমদি ইন্দ্রদেবগী তালোই শচীদেবীগী পরেংদা থম্লগা মহাকী মক্ত্বা চরিত্র অদু মকহনখিদে। নীংবা কায়রদুনা উর্ব্বশীনা অর্জ্জুনদা শাপ তৌরম্লগা হনখি। স্বর্গলোকদা মহাক্না মিংচৎলবা লোমস তপস্বীগা উনখি অদুগা মঙোন্দা মহারাজ যুধিষ্ঠিরবু ঙাকশেনবিনবা প্রার্থনা তৌজখি।

মহাকা য়েক্লবা দুর্য্যোধনবু গন্ধর্ব্বশিংনা থুদুম চল্লবদা দুর্য্যোধনবু কন্নীংবদগী মহাক্না গন্ধর্ব্ব-শিংদা থাদোকপীরো হায়জখি। মানা হায়জবদু গন্ধর্ব্বশিংনা য়ারমদে; মরমদুনা মহাক্না গন্ধর্ব্বশিংবু লান্দা মায়থীবা পীরগা দুর্য্যোধনবু থাদোকহনখি। পাণ্ডব পুম্মক্না শক লোৎলগা লৈরম্বা মতমদা বিরাট নিংথৌগী সভাদা মহাক কৈদা অমনি হায়রম্মী, অদুগা মহাকপু তুংদা মমৌ ওইরগদবী উত্তরাগী জগোই তম্বিবা ওজা ওইনা হাপখি, অদুগা বিরাটকী সভাদা বৃহন্নল হায়না খঙনরম্মী। বৃহন্নল ওইনা মহাক বিরাট নিংথৌগী মচাবুংঙো উত্তরগী ওইনা লান শোক্লখি অমসুং শক লোৎনা লোৎনা কুরুশিংবু মায়থীবা পীখি। মহাক্না খুৎলাইশিংদো সোম্বি (ক্যাম্বৈ) পাম্বী অমদ শিন্নদুনা লোৎলম্বনি, মহাক্না উত্তরদা খুৎলাইশিংদো লৌক্লনবা য়াথং তাওখি। কোন্থংদা মহাকী অমসুং মচিন্ননাও-শিংগী শক উত্তরদা তাকখিরম্মী। কুরুবিরাট অনীগী লান্দা অর্জ্জুন য়াওখি হায়বসে দ্রোণাচার্য্যদা পাও ফংহনখি। মতুংদা কুরুক্ষেত্রগী লানফমদা অর্জ্জুন না কর্ণনচিংবা অচৌ অচৌবা সেনাপতি কন্নাবু হাংখি। কুরুক্ষেত্রগী লাল লোইরগা দ্রৌপদীগী মচানুপা মঙাবু হাংলুবগীদমক অশ্বত্থামাবু অর্জ্জুন-না দণ্ড পীখি। অদুদগী মচীন্ননাও মঙামক ভীমদেবগী মনাক্তা চংখি।

অর্জ্জুনগীদমক্তা ভগবদগীতাগী যোগশাস্ত্রদু ভগবাননা কুরুক্ষেত্র লালফমদা তাকপীখি। মহাকী অণ্ডকপা থবক পুম্মক মহাভারতকী মমুংদা তরং তয়্যংনা বর্ণন তৌরি। অদুম ওইনমক অর্জ্জুনদো অণ্ডকপা থবক পুম্মক মহাভারতকী মমুংদা তরং তরংনা বর্ণন তৌরি। অদুম ওইনমক অর্জ্জুনদো মচানুপা বভ্রুবাহন হায়বদুনা মনিপুরদা মায়থিবা পীখি অদুগা বাম্বরম্মী, মতমদুদা উলুপীনা মহাকপু কনখি। ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনা থুপপ্রবদা থুপখিবগী পাওদু অর্জ্জুন-না মহারাজ যুধিষ্ঠিরদা পুরকখি। অমুক হন্না অর্জ্জুনদু দ্বারকা দর্শন তৌখি অদুগা ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী লুপ্তাবী মহিষী-শিংনা মঙোন্দা তেংথাখি। মথোয়বু মহাক্না বসুদেবগী মনাক্তা পুশল্লগা থেজলম্মী। মতুংদা

বসুদেবনা থুপত্রবদা কৃষ্ণ লৈত্রবনিনা মহাক্না অন্ত্যেষ্টি ক্রিয়া তৌখি। অর্জুননা কৃষ্ণগী মহিষীশিংবু ইন্দ্রপ্রস্থ তান্না পুহনা ল্যাকপদা মঙোন্দা আক্রমণ তৌরকখি, মহাক লৈমশিংহবু কনবা ঙমখিদে। মমৈদমি ব্যাসদেবনা পাণ্ডবশিংক মতুঙ ইন্না মচীন্মনাও পুন্নমক মহাপ্রস্থানগীদমক থোঙশানখি। লমীদা ময়াম্বুংনা হায়জরমদা মহাক্কী খুংলাই পুন্নমক কান্নদবনি হায়না থাদোকখি, মহাক্না খুংলাই-শিংদো ঈশীংদা সংথখি।

### শ্লোক ২২

**মৃগেন্দ্র ইব বিক্রান্তো নিষেব্যো হিমবানিব।**
**তিতিক্ষুর্বসুধেবাসৌ সহিষ্ণুঃ পিতরাবিব ॥২২॥**

### শব্দার্থ

মৃগেন্দ্রঃ—নোংশা; ইব—গুম্না; বিক্রান্তঃ—থৌনাকবা; নিষেব্যঃ— চঙজফম; হিমবান্—হিমালয় চিঙশাং; ইব—গুম্না; তিতিক্ষুঃ—অথাংকনবা; বসুধা—পৃথিবী; ইব—গুম্না; অসৌ—অসি; সহিষ্ণুঃ—অথাঙকনবা; পিতরৌ—মমাগা মপাগা; ইব—গুম্না।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অঙাং অসি নোশাংগুম্না থৌনাকবা ওইগনি, অদুগা হিমালয় চীঙশাংগুম্না চঙজফম্ ওইগনি। মহাক পৃথিবীগুম্না অথাঙ-কন্গনি অদুগা মাগী মমা-মপাগুম্না মুংশিবগী মথাং অদু থাংগনি।

### মৈনরোল

কনাগুম্বনা য়েক্লববু তান্নবদা য়াম্না কল্লবদি মহাকপু নোংশাগা চাংদম্নে। য়ুমদনা য়াও মচা ওইনা লৈগদবনি অদুগা তান্নবা মতমদনা নোংশা ওইগদবনি। নোংশাদি মানা তান্নরুবা শাদু ফাদবা লৈতে; মতৌ অদুগুম্না রাষ্ট্রপতি ওইবা মী অমনা য়েক্লববু ফাগে তান্নবদা ঙমদকম থোক্তে। হিমালয় পর্ব্বতসি মরল লৈবমীদমক মিংচৎলিবনি। পর্ব্বতসিদা মী লৈবা য়াবা গুহা মশিং নাইদ-বমখৈ লৈ, চাবদা হাওবা উপৈগী পাম্বী শীঙনাইদনা লৈ, থক্লবা ঈশীংগী ইফুৎ য়াম্না লৈ অদুগা অনাবা ফহন্নবা হীদাক অমদি খোংগী পোং য়াম্না লৈ। কনাগুম্বনা লম্মুম বাৎতুনা চাওথংপা ঙমত্রবদি চীঙজাওশিংদা চঙজবা য়াই। অদু ওইন্নবদি মাম্মী চঙগদবা পোংলম থুদিংমক ফংগনি। সংসারীস্থ যোগীস্থ অনীমক হিমালয়দা আশ্রয় ফংগনি। মালেমথক অসিদা লৈবা জীবশিংনা ইরাঙ য়াম্না থোকহল্লী। হৌজিক্কী মতমদা মীওইবনা মালেমথকসিদা আণবিক খুৎলাই কয়া পোকথায়হল্লী অদুবু মালেম-লৈমনা অঙাং পীশকপু মমা অমনা ঙাকপিবগুম্না মালেম-মচাশিংবু ঙাকপিরি। মচা-ওইবা অঙাংমচাশিংনা তৌবা ফত্তবা থবক পুন্নমক মমা-মপাশিংনা অদুম ঙাকপী। ক্ষিদমঙাই ওইবা নিংথৌশিংদি হায়রিবা অকবা গুণশিংসে চেন্‌গদবনি; অঙাং পরীক্ষিৎ অসিদু হায়রিবা গুণ পুন্নমক্সে চেন্নগনি হায়রি।

### শ্লোক ২৩

**পিতামহসমঃ সাম্যে প্রসাদে গিরিশোপমঃ।**
**আশ্রয়ঃ সর্ব্বভূতানাং যথা দেবো রমাশ্রয়ঃ ॥২৩॥**

### শব্দার্থ

পিতামহ—ইবুধৌ হায়বদি ব্রহ্মা; সমঃ—মান্নবা ফবা; সাম্যে—চপমান্নবা য়েংবীবদা; প্রসাদে—চান্‌বিবদা, পেন্‌বিবদা; গিরিশ—ভগবান্ শিব; উপমঃ—চাংদম্নবা, মান্নবা; (গিরিশ-উপম—শিবগা মান্নবা);আশ্রয়ঃ—চঙজকম; সর্ব্বভূতানাম্—জীব পুম্নমক্কী; যথা—গুন্না; দেবঃ—পরমেশ্বর ভগবান্; রমা-আশ্রয়ঃ—লক্ষ্মীপতি হরি।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(মীপুম খুদিংমকপু) চপ মান্নবা য়েংবীবদা অঙাং পরীক্ষিৎসি খ্বাইদগী মবুধৌ ব্রহ্মাগা মান্নগনি, পেন্‌বি-হৈবদা মহাদেব শিবগা চাঙদম্নবা য়াই; অদুগা লক্ষ্মীগী চঙজকম ওইরিবা শ্রীহরিনা জীব পুম্নমক্কী চঙজকম ওইবগুম্না মহাকসু ওইগনি।

### নৈনরোল

পুক্নীং লৈতাবগী (সাম্যগী) মতাঙদা হায়রিবসি মহারাজ যুধিষ্ঠিরবু অদুগা জীব পুম্নমক্কী (মবুধৌ) ওইরিবা ব্রহ্মাবুসু হায়রিবনি। শ্রীধরস্বামীগী মতুঙ ইন্না পিতামহ (মবুধৌ) হায়রিবসি ব্রহ্মাবুনি, অদুবু বিশ্বনাথ চক্রবর্ত্তিগী মতুং ইন্নগনা পিতামহ হায়রিবসি মহারাজ যুধিষ্ঠিরমকপুনি। অনীমক্কী মতাঙদা চাংদম্নরিবসি চপ-চাবা চাংদম ঙাক্নি মরমদি মখোয় অনীমক পরমেশ্বর ভগবান্‌গী প্রতিনিধি ঙাক্নি; মতৌ অসুম্না মখোয়নীমক জীবগী মঙ্গলগীদমক লৈবা ঙাক্তনিনা মখোয়নীমক সাম্য ঙাক্ননা য়াদে। শাসনগী থবক পুন্নিবা দায়িত্ব-খঙবা মকোক খুদিংমক্না মখোয়না শেংবীরিবা মীশিংদুনা মখোয়দা ঙাঙলক-শক্লকপা পুম্নমক খাঙবা তাবনি। ব্রহ্মাবু ভগবান্‌গী ভক্ত কোক ওইরিবা গোপীশিংনা ফাওবা নিন্দা তৌখি। গোপীশিংনা ব্রহ্মাগী থবক্তা পেল্লমদে মরমদি ব্রহ্মাণ্ডসিগী স্রষ্টা (শেম্নকপা) অমা ওইনা গোপীশিংনা শ্রীকৃষ্ণবু দর্শন তৌবদা বাধা ওইগদবা মীৎথক (মীংকৃপশন্নবা) শাদুনা হাপ্লম্মী। মখোয়গী দুংশিজরবা ভগবান্ কৃষ্ণবু য়েংজবদা বাধা পী। দায়িত্ব লৈবা মী অমগী থবক খুদিংমক্তা ঙাঙ-শক্লিবা মীতাশিংদুগী বাদি করি হায়রুগনি? মতৌ অদুগুম্না মহারাজ যুধিষ্ঠিরসু য়েক্লবশিংনা হন্নকপা কীভম কয়া লাম্বোকপা ঙম্নবা হোৎনখি। চির-চিরবা কীভম মতাদা মহাক মপুঙ ফানা সাম্য ঙাক্লা চৎখি। মরমদুনা মবুধৌ অনীমক্না সাম্য ঙাকপগী খুদম অসি চপচাবা খুদম্নি।

ভগবান শিব—নিরবা মী পুম্নমক্তা অপাম্বদু পীবিবা প্রসিদ্ধ দেবতানি। মরমদুনা মাগী মিং আশুতোষ হায়বদি য়াম্না খুনা পেনবিহৈবা হায়না কৌই। মহাক ভূতনাথ হায়বদি জীব পুম্নমক্কী মবুঙঙো হায়নসু কৌই, জীবশিংনা মঙোল্দা মরু ওইনা চঙজরুবগী মরমদি ভুংদা করি থোক্লগদগে খল্লবমখৈ মহাক্না অপাম অপাম্বদু থুংহল্লী হায়বসিনি। রাবণদু ভগবান্ শিববু য়াম্না নীঙখি; শিববু ইলায়-লায়না শেলহনবা ওস্বদগী রাবণদু মপাঙ্গল কয়ামুক কন্‌থৎখিবগে হায়ববু মহাক্না প্রভু রামচন্দ্র ফাওববু শীঙনরম্মী। তৌবগীবুদি, রাবণা পরমেশ্বর ভগবান্ অদুগা শিবগী মবুঙঙো রামগা লাম্বোংনবা মতমদা শিবনা মাবু থক তেঙবাঙলমদে। ওম্বোক্লা শীবদা নত্তনা মী ওৎনঙাই ওইবা বর অমা ভগবান্ শিবনা বৃকাসুরদা পীখি। শিবগী কৃপাদগী বৃকাসুরদু শক্তি অমা ফংখি, শক্তিদুদি মহাক্না শোক্ল-শোক্লবা মীগী কোক অদু হেক্তা তুম্মী। বরসি ভগবান্ শিবনা পীবিরম্নবসু মীকবা অসুরদুনা শিবগী কোক শোক্লগা বরশক্তিদুগী চাং য়েংগে নীংলম্মী। অদুদদি শিবনা খুদোংচাদবদুদগী কণবিযু ঙায়না বিষ্ণুদা চঙজবা তাখি। ভগবান্ বিষ্ণুনা মাগী

মায়া শীজিন্নহুনা বৃকাসুরদা মশামক্কী কোক শোক্তনা চাং য়েংঙু হায়খি। অসুরহুনা বিষ্ণুনা হায়রবগুম্না মকোক পায়খি অদুনা মথবাই মাঙখি। দেবতাশিংদগী বর-নিবা কত্তবা মীশিংনা তৌরকপা অরাবা পুন্নমক্তগী জগৎপুম্ববু মত্তৌ অসুম্না কণখি। পুঙহেন্ হেন্বা শিবগী গুণ অমদি মহাক্কা নিরকপদা পীদবা বর অমতা লৈতে; মরমহুনা মহাক খ্বাইদগী হেন্না পীনহৈবনি, তৌবগীবুদি করিগুম্বা মতমদা অশোয়বা হায়বত্থ ময়াওরবনু।

'রম' গী অর্থদি লক্ষ্মী (লন্গী মবেম্মা) হায়বনি। মাগী চঙজকম্মা (আশ্রয়না) ভগবান্ বিষ্ণুনি। ভগবান্ বিষ্ণুদি জীব পুম্নমক্কী ঙাক-শেন্বিবা মপুনি (পালন-কর্ত্তানি)। ব্রহ্মাণ্ডসিদদা নত্তনা অতৈ ব্রহ্মাণ্ড লীশীং লক্কাদনু জীব শিংলাক্ ঙমদবমখৈ লৈ। মখোয় লোয়নমক্কী আত্মউপলব্ধি (আত্মা শকখঙনবা) হায়বা পম্বুং অদু তম্না কাখৎপা ঙম্নবগীদমক পুক্নিংগী অচঙপোৎ পুম্বা খৌরাংবীবা ঙাক্নি, অদুবু ইন্দ্রি-পোম্নবগী লক্ষ্মীদা চৎপনা মখোয়বু মায়ানা অরাবদা তাহল্লী অদুনা শেন্মুম চাওখৎনবগী শেরান্নবা লক্ষে অমদা কোয়চৎ চৎলী। মখোয়না পাম্লিবা মওংগী শেন্মুম চাওখৎপা অসিদি মায়াগী ওইবা মরম্না কদৌঙৈদনু মহৈ য়ান্দে। মরমহুনা ঐখোয়না লক্ষ্মীদা চঙজহুনা ঙাক-শেন্বিয়ু হায়বগী মহুত্তা বিষ্ণুদা চঙজবনা চুম্মী। বিষ্ণুগা মাগী ভক্তশিংগতনা পুম্নমকপু ঙাকশেন্বিবা ঙম্মনি; মহারাজ পরীক্ষিৎ মশামক বিষ্ণুনা ঙাকশেন্বা মরম্না মহাক্কনু মহাক্কী শাসন মখাদা লৈবা প্রজা পুম্নমকপু মপুঙ ফানা ঙাকশেন্বা ঙমগনি।

### শ্লোক ২৪

**সর্ব্বসদ্‌গুণমাহাত্ম্যে এষ কৃষ্ণমনুব্রতঃ।**
**রন্তিদেব ইবোদারো যযাতিরিব ধার্ম্মিকঃ ॥ ২৪ ॥**

#### শব্দার্থ

সর্ব্ব-সৎ-গুণ-মাহাত্ম্যে— অফবা গুণ পুম্বদগী থোরকপা মহিমানা; এষঃ— অঙাঙ অসি; কৃষ্ণম্ – কৃষ্ণগা; অনুব্রতঃ—মান্নবা; রন্তিদেবঃ—রন্তিদেব; ইব—গুম্না; উদারঃ—পুকচেল চাউবা; যযাতিঃ— যযাতি; ইব—গুম্না; ধার্ম্মিকঃ—ধর্ম্ম-চেন্বা।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অঙাঙ অসি সৎ-গুণ পুম্নমক্তগী থোংকপা মহিমাদা শ্রীকৃষ্ণগা পাংখক ওইগনি, রন্তিদেব নিংথৌ-গুম্না মহাক পুকচেল চাউগনি; অদুগা মহারাজ যযাতিগুম্না ধর্ম্ম চেন্‌গনি।

#### নৈনরোল

ঐখোয়না লোয়নমক থাজোক্লগা ভগবান্তগী খুত্থং ইনগদবনি হায়বসি ভগবদ্‌গীতাদা শ্রীকৃষ্ণনা পীখিবা ইকোন্ কোন্বা পাউতাক্নি। ভগবান্গী পাউতাকসিবু লাইবক্লা সুম থোকউ হায়না তম্বদগী বুদ্ধি-বাৎপা মীশিংনা ইন্জে, অদুবু বুদ্ধি চপচানা তারবা মীদি অরাঙবা পাউতাকসি চেংনা পায়রগা য়াম্না কান্নবা ফংজৈ। সজনা গুণ লৌশল্লকপগী মরম্নি হায়বসে অপঙবশিংনা খঙদে। প্রাকৃত ওইবা পোৎকী বা হায়রগনু, মৈগা সজ তৌরুরগা পোৎ অমা মৈদোনা শাই। মরমহুনা পরমেশ্বর ভগবান্গা তৌবা সজনা কনাগুম্বা অমবু ভগবান্গুম্না গুণ চেলহল্লী। ঐখোয়না হান্নদু নৈনখ্রে, ভগবান্গা য়াম্না নক্লনা কনাগুম্বনা সজ তৌরবদি ভগাবন্গী গুণ চামগী মনুঙদা ছুফ্‌তরানিপালদি

অহুম্না শর্মিষ্ঠানা পোকপনি। মাগী (১) যদু, (২) তুর্বসু, (৩) দ্রুহ্যু, (৪) অনু অমসুং (৫) পুরু কৌবা মচানুপা মঙাগী মমিংদা (১) যদু শাগে, (২) যবন (টর্ক) শাগে, (৩) ভোজ শাগে, (৪) ম্লেচ্ছ শাগে (গ্রীক), অদুগা (৫) পৌরব শাগে কৌবা পৃথিবীদা মীংচংলবা নিংথৌ শাগে চোংথোক্লকনু। পুন্সিংদা পুন্নদা শরা শনুখি। মহাক্না তৌখিবা পুণ্যকর্মশিংগী ফল ওইনা মহাক স্বর্গলোকশিংদা য়ৌখি, অদুবু মশাবু থাগৎপদগী অদুগা ধর্মচেন্বা মীশিংবু নিন্দা তৌবদগী স্বর্গদগী তারকখি। মহাক্কী পতন ওইরবদা মচানুপীগা মতুনুপাগা অনিগা মখোয়না তাক্লকপা পুণ্যফল ময়ামদু মঙোন্দা পীরম্মী; মতুনুপাগী অমসুং মাগী নহুষ শিখিগী মতেঙনা মহাক অমুক স্বর্গদা কাজখি, অদুগা ধর্মরাজগী রাজসভাদা সভাসদ্য অমা ওইনা মহাক তক্ত অমা ওইদুনা লৈখি। মহাক যজ্ঞ লীশীং অমদগী হেন্না তৌখি, দান খুৎ অনী থানা তৌখি, অমসুং মহাক য়াম্না প্রভাবশালী ওইবা নিংথৌ ওইরম্মী। মহাক্কী রাজশক্তিগী প্রভাব পৃথিবী শুমদা লৈখি। মাগী ইতোন্-তোন্বা মচানুপানা মহাক্কী বামার্ত ওইবগী মুংঙাইতমা থাঙবদু উরবদা মশাগী যৌবনদু মঙোন্দা চহী লীশীং অমদগী হেন্না পীথোকখি। মমৈদা মহাক সংসারীগী পুন্সিদু শামখিদে, অদুগা মচানুপা পুরুবা যৌবন অদু হন্দোকখি। মহাক্কী রাজ্যসু পুরুদা শিন্ননীংলম্মী, মাগী অঙম-অথৌশিংগা প্রজাশিংগনা মদু য়ানীংখিদে। অদুবু মহাক্না প্রজাশিংদা পুরুগী মহিমা বর্ণন তৌরবা মতমদা মখোয়না পুরুবু মখোযগী নিংথৌ ওইনা লৌবদু পামখি। মতৌ অসুম্না নিংথৌয়েন যযাতিনা গার্হস্থ্য আশ্রম থাদোক্লগা বানপ্রস্থ আশ্রমগীদমক য়ুম থাদোকখি।

শ্লোক ২৫

ধৃত্যা বলিসমঃ কৃষ্ণে প্রহ্রাদ ইব সদগ্রহঃ।
আহর্তৈষোঽশ্বমেধানাং বৃদ্ধানাং পর্য্যুপাসকঃ॥ ২৫॥

শব্দার্থ

ধৃত্যা—পাখত্তবদা; বলি-সমঃ—বলি মহারাজগুম্বা; কৃষ্ণে—ভগবান শ্রীকৃষ্ণদা; প্রহ্রাদঃ—প্রহ্লাদ মহারাজ; ইব—গুম্বা; সদগ্রহঃ—ভক্ত ওইবা; আহর্তা—থবক তৌবগী (কর্তা); এষঃ—অঙাঙ অসি; অশ্বমেধানাম্—অশ্বমেধ যজ্ঞশিংগী; বৃদ্ধনাম্—খঙ-হৈবা অহল-লমনশিংগী; পর্য্যুপাসকঃ—তুংইনবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অঙাঙ অসি পাখৎতবদা (কিজৎতবদা) বলি মহারাজগুম্বনি, প্রহ্লাদ মহারাজগুম্না শ্রীকৃষ্ণগী অচেৎপা ভক্ত ওইগনি, অশ্বমেধ যজ্ঞ য়াম্না তৌগনি, অদুগা খঙ-হৈরবা অহল লমনশিংগী তুং-ইনবা ওইগনি।

নৈনরোল

বলি মহারাজ—বলি মহারাজসি ভগবানগী ভক্তি খঙবা মহাজন তরানীথোইগী মরক্তা অমনি। বলি মহারাজনা ভক্তিতত্ত্বগী মহাজন অমা ওইরম্বগী মরমুদি মহাক্না ভগবানবু পেলহনবগীদমক্তা লৈজবা থিৎকি থাদোকখি, অদুগা ভগবানগী সেবাগীদমক পুম্নমক থাদোকপদা থিংলম্মী হায়দুনা মহাক্কী গুরুনি হায়বদুগা লৈনবা সম্পর্কতা ওবা থাদোকখি। ধার্মিক জীবনগী মথৎথংবা সিদ্ধি হায়বদুদি করিগুম্বা ওইরবা অমত্তা থিংবা, অদুগা সংসার বিষয়গা মরী লৈনবা থাখয়া থিংবা ভগবানগী

প্রেম সেবা তৌনবা থাক অদু ফংবনি। বলি মহারাজনা ভগবানগী পেন্নবগীদমক্ত লৈজবা খুদিংমক থাদোক্কে হায়না পুক্লীং চপ লেপখি, অদুনা মাগী অনীংবদু থিংনবা তৌরকপদা মহাক করিমত্তা থৌশারমদে। মহাক প্রহ্লাদ মহারাজগী মশুমুপানি। বলি মহারাজগী অমসুং বিষ্ণু বামনদেবগা মহাক্কা তৌনখিবা ৱারীদু শ্রীমদ্ভাগবতম্‌গী নীপানশুবা স্কন্ধদা য়াওরি (অধ্যায় ১১-২৪)।

প্রহ্লাদ মহারাজ—শ্রীকৃষ্ণগী (বিষ্ণুগী) পরম ভক্ত অমনি। মহাক্না ভগবান্‌গী বিশুদ্ধ ভক্ত অমা ওইরুবগীদমক মানা চহি মঙাদা ঙায়রিঙৈদা মাবু পোকপা হিরণ্যকশিপুনা মাবু দণ্ডি তৌখি। মহাক হিরণ্যকশিপুগী মচানুপা অহননি, মমাগী মমিংনা কয়াধু কৌই। প্রহ্লাদ মহারাজ ভগবদ্ভক্তিগী অচৌবা মহাজন অমনি মরমদি মহাক্না নৃসিংহ ভগবান্‌বু মপা হাংহনখি, মদুম তৌরগা মপা ওইরবসু মপাচুনা ভক্তিগী লম্বীদা অপনবা অমা ওইরবদি মপাদুবু কাওবা লৈহন্দবনা কৈ হায়বগী খুদম অদু উৎখি। মাগী মচানুপা মরি লৈরম্মী, খ্বাইদগী অহন বিরোচন অদু মথক্তা পনখিবা বলি মহারাজগী মপানি। প্রহ্লাদ মহারাজ চরিত অদু শ্রীমদ্ভাগবতম্‌গী তরেৎশুবা স্কন্ধদা য়াওরি।

শ্লোক ২৬

**রাজর্ষীণাং জনয়িতা শাস্তা চোৎপথগামিনাম্।**
**নিগ্রহীতা কলেরেষ ভুবো ধর্ম্মস্য কারণাৎ॥ ২৬॥**

**শব্দার্থ**

রাজর্ষীণাম্—ঋষি ওইবা নিংথৌশিংগী; জনয়িতা—অপোকপা; শাস্তা—চৈরাক পীনবা মী; চ—অমসুং; উৎপথগামিনাম্—লমহেনবশিংগী; নিগ্রহীতা—নৈহৎপা মী; কলে—কলিগী (থৎনগনবা মীশিংগী); এষঃ—অঙাঙ অসি; ভুবঃ—জগৎকী; ধর্ম্মস্য—ধর্ম্মগী; কারণাৎ—মরমগীদমক।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অঙাঙ অসি রাজর্ষিশিংগী (ঋষিসু ওইবা নিংথৌশিংগী) অপোকপা ওইরগনি। জগৎকী শান্তিগী অমসুং ধর্ম্মগীদমক মহাক লমহেনবশিং অমসুং থৎনগনবা মীশিংগী কলিগী চৈরাক পীবা ওইরগনি।

নৈনরোল

জগত্তা খ্বাইদগী শিংবা মীদি ভগবান্‌গী ভক্তনি। ঋষিশিংবু অশিংবা মী কৌই, অদুগা তোঙান তোঙানবা হীরমগী জ্ঞান লৈবা মীসু তোঙান তোঙানবা লৈ। মরমদুনা নিংথৌনা নত্রগা রাষ্ট্রগী মকোক্তা খ্বাইদগী হেন্না শিংবা মী নত্রগদি মহাক্কী রাজ্যদা লৈবা অশিংবা মী জাৎ পুম্নবু লাক্লবা ঙম্মোই। যুধিষ্ঠির মহারাজগী বংশদা মথং মথং পাল্লকপা নিংথৌ পুম্নক অমত্তা চিথদব·খৈ মতম মতমদুগী খ্বাইদগী হেন্না শিংবা মীতা ঙাক ওইরম্মী। মরমদুনা মহারাজ পরীক্ষিৎকী অদুগা পোক্লকদৌরিবা মচানুপা জন্মেজয় মহারাজগী মরমদসু মাঙজোননা হায়রিবনি। অসিগুম্বা অশিংবা নিংথৌশিংনা লমহেনবা মীশিংগী চৈরাক পীবা অদুগা কলিগী হায়বদি থৎনগনবা মীশিংবু মুথৎ-ঙম্বা মী ওইবা ঙমগনি। মথাদা লাকদবা অধ্যায়শিংদা, মহারাজ পরীক্ষিৎনা কলিনা কন্ চোং থোক্লগা শান্তি অমসুং ধর্ম্মগী খুদম ওইবা শন অমোম অমা হাংকে তৌরম্বগীদমক কলিবু হাংনীংখিবগী ৱাদু তশেংনা থঙবা ঙমগনি। কলিগী লক্ষণশিংদি (১) য়ু, (২) মুপী, (৩) জুৱা, অদুগা (৪) শাহাংশঙ অসিনি। লমহেনবা মীশিং অমসুং য়ু থকপা, লায়না মুপী ঙাঙনবা, জুৱা শান্নবা অদুগা মতম

পুম্বগী ওইনা লিংলবা শাহাংশঙশিংনা হুল্লকপা শা চাবা থৎনগনবা মীশিংবু নমথুরগা শাস্তি অমসুং নীতিধর্ম্ম করম্না ঙাকনি হায়বগী মরমদা মহারাজ পরীক্ষিৎ-তগী রাষ্ট্র পুম্নমক্কী অশিংবা লৈঙাক-পশিংনা পাম্না তমগদবনি। কলি যুগসিদা থৎননবগী লোইশঙ মরামসি লিংলবা হায়দুনা নিয়ম ওইনা য়াথং পীনরি। মরমদুনা মখোয়না করম্না শাস্তি অমসুং নীতিধর্ম্ম লৈগনি নীংলিবনো? মরমসিনা রাষ্ট্রগী মপী মপা শক্তুনা লৈরিবশিংনা ভগবান্দা ভক্তি তৌদুনা, আচার বিধি (চৎনলোন) থুগাইবা মীভাবু চৈরাক্তুনা অমসুং মথক্তা পনখিবা থৎনবগী লক্ষণশিংসি মরু ফংনা ফুক্তোক্তুনা হেন্না শিংগৎননবা নীতিশিংসে চৎকদবনি। ঐখোয়না মৈরী ফজনা চাকপা মৈ পান্নবদি অকঙবা শীঙ শীজন্নবা তাবনি। মৈরী ফজনা চাকপা হায়বসি অচোৎপা শীঙনা চাকহনবা য়াদে। শাস্তি অমসুং নীতিধর্ম্ম হায়বসিদি পরীক্ষিৎ মহারাজ অমসুং মাগী তুংইনবা মীতাশিংগী শাজৎ মতা অদুতনা চাওখৎপা ঙমগনি।

## শ্লোক ২৭

**তক্ষকাদাত্মনো মৃত্যুং দ্বিজপুত্রোপসর্জিতাৎ।**
**প্রপৎস্যতে উপশ্রুত্য মুক্তসঙ্গঃ পদং হরেঃ॥২৭॥**

### শব্দার্থ

তক্ষকাৎ—তক্ষক কৌবা লিল অদুদগী; আত্মনঃ—মশামক্কী; মৃত্যুম্—শিবা; দ্বিজপুত্র—ব্রাহ্মণগী মচামুপা; উপসর্জিতাৎ—থারকপা; প্রপৎস্যতে—চঙজগনি; উপশ্রুত্য—নাকোঙনা তাদুনা; মুক্তসঙ্গঃ—অপাম্বা পুম্নমক থারবা; পদম্—খোঙ; হরেঃ—শ্রীহরিগী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ব্রাহ্মণগী মচামুপানা থারকপা তক্ষক লিন্দগী মহাক্কী মৃত্যু ওইরগনি হায়বদু মনাকোংনা তারবা মতুংদা অপাম্বা থিবিক থাদোক্লগা শ্রীহরিগী খুয়াখাদা চঙজখি।

### নৈনরোল

মায়িক রাগগা (অপাম্বগা) ভগবান্গী খুয়া-খাদা চঙজবা হায়বসিগা অনীসি পুম্না লৈমিন্নবা য়াদে। মায়িক রাগ হায়বদুদি ভগবান্দা চঙজরগা ফংবা দিব্য সুখ অদুবু খঙদবা হায়বনি। সংসারদা লৈরিঙৈদা ভগবান্বু সেবা তৌবসি ভগবান্গা সেবা-তৌরিবা মীদুগা অনীগী মরক্তা দিব্য সম্বন্ধ অমা লৈনবা হায়দুনা হোৎনবগী মওং অমনি। ভক্তি-সেবাদুনা মুন্নবা মতমদা মায়িক রাগদগী পুম্নান লাম্থোক্কনি অদুগা ভগবান্গী নাক্তা হন্নবগীদমক মতীক-চাবা ওইগনি। মহারাজ পরীক্ষিৎতি মমাগী গর্ভদা মাগী হকচাঙ শাগৎপা হৌবদগী ভগবান্দা আসক্ত ওইবা মরম্না মতম পুম্বদা ভগবান্না মাবু ঙাক-শেন্দুনা লাক্লি। অদুগা ব্রাহ্মণগী মচামুপানা শাপ তৌরকপা মুমিৎতগী মুমিৎ তরেৎনিগী মমুংদা শিগদবনি হায়না চেকশন্নবা বা হায়রকপদো মঙোন্দদি ভগবান্গী নাক্তা হন্বা ওম্নবগী শেমশাম্নো হায়বগী বর অমা ওইন থোকখি। ভগবান্না মাবু মতম পুম্বদা ঙাকশেন্বগী বা হায়রুরগদি মহাক ভগবানগী কৃপানা শাপ অদুগী ফল-দগী লাম্থোকপা ঙম্নমগদৌবনি, অদুবু লৌকম-থোক্তবা সুবিধাদু করি কান্নদবনি হায়দুনা মহাক লৌরমদে। অদুগী মহুত্তা, লাইবক থীবা থোক্লগা হরাও হরাও খাঙবা হায়বদু মহাক তৌখি। মুমিৎ তরেৎনি তংপা লৈতনা মহাক্না তাবা-য়াবা মফমদগী শ্রীমদ্ভাগবতম্ নাকোঙনা তাখি; তাক্কাদু চাবনা মহাক্না ভগবান্গী খুয়া-থম্বান্দা চঙজখি।

শ্লোক ২৮

**জিজ্ঞাসিতাত্মযাথার্থ্যো মুনের্ব্যাসসুতাদসৌ ।**
**হিত্বেদং নৃপ গঙ্গায়াং যাস্যত্যদ্ধাকুতোভয়ম্ ॥ ২৮ ॥**

**শব্দার্থ**

জিজ্ঞাসিত—হংলদুনা; আত্ম-যাথার্থ্যো —আত্মাগী-তত্ত্ব (অওইবা মওং); মুনেঃ—মুনিদগী; ব্যাস-সুতাৎ—ব্যাসগী মচানুপাদগী; অসৌ—মহাক; হিত্বা—থাদোকুনা; ইদম্—মসি (সংসার-আসক্তি); নৃপ—হে নিংথৌ; গঙ্গায়াম্—গঙ্গা তোর্বান্দা; যস্যতি—লেওগনি; অদ্ধা—চুমদ্রিংনা, লেপ্পমক; অকুতোভয়ম্—কিদবা পুন্সি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে ইনিংথৌ, অঙাংসিনা ব্যাসদেবগী মচানুপা ব্রহ্মর্ষি শুকদেবগী চান্দগী আত্ম-তত্ত্ব খঙনীংদুনা খঙলবা মতুঙদা গঙ্গাদা দেহ থাদোক্লগা অকিবা লৈতবা মফম বিষ্ণু-পাদপদ্মদু ফংগনি।

নৈনরোল

প্রাকৃত জ্ঞান ফংবা হায়বদুদি আত্মতত্ত্ব খঙদবা হায়বনি। কনাগুম্বনা মশামক্কী অওইবা বা হায়বদি আত্মা-উপলব্ধিগী বা খঙননবা থিববু দর্শন কৌয়ি। আত্মাবু উপলব্ধি তৌদ্রবদি দর্শন হায়বসিদি চগঙননা বা নৈনবা হায়বদুনি নত্রগা নামং মাঙহনবা হায়বদুনি। শ্রীমদ্ভাগবতম্না অচুম্বা আত্ম-তত্ত্ব তাকয়ি, অদুনা শ্রীমদ্ভাগবতম্ শ্রবণ তৌরগা শ্রোতাদুনা সংসারদা লৈবা আসক্তি (পাম্বা) অদুদগী লাম্থোকপা ঙম্মী অদুগা অকিবা লৈতবা ধামদুদা চঙবা ঙম্মী। প্রাকৃত জগৎসি (সংসারসি) অকিবনা থল্লী। সংসারগী বন্দীশিংনা কৈশুমশঙ অমদা তৌবগুম্না মতম পূম্বদা কিদুনা ঙাক লৈ। কৈশুমশঙদা কনামতনা কৈশুমশঙগী নিয়ম-কাঙলোন্ অমতা থুগাইবা য়াদে, থুগাইকরবদি ফাদোক অদুগী মীয়াদ অমুক শাংদোকপা শোয়দ্রবনি। মতৌ অদুগুম্না সংসারদা লৈরিবা ঐখোয় মতম পূম্বদা কিদুনা ঙাক লৈ। কিবা অসিবু লাঙতক্লবা কৌই। প্রাকৃত পুন্সীদা লৈরিবা জীব খুদিংমক পুন্সীমরেল খুদিংমক্তা প্রকৃতিগী নিয়ম থুগাইরবসু থুগাইদ্রবসু লাঙতক্লবা ঙাক্সি। অরান্-খুভম হায়বদি মুক্তি হায়বদুগী অর্থদি তত্ত্বা লাঙতক্লবা ময়াম-সিদগী লাম্থোকপা হায়বনি। লাম্থোকপসি য়াগদবদি লাঙতক্লবসিবু ভগবান্গী সেবা ওইহল্লবা মতমদদা য়াগনি। লাঙতক্লবসিগী মওংবু প্রাকৃত ওইবদগী প্রাকৃত-নত্তবা ওইহন-য়াবগী তাজ্ঞা শ্রীমদ্ভাগবতম্না ঐখোয়দা পীয়ে। পীবসি শ্রীব্যাসদেবগী মচানুপা শুকদেব গোস্বামীগুম্বা আত্মা উপলব্ধি তৌরবা দর্শন-পণ্ডিত অমগা সঙ্গ তৌরবদদা ওইগনি। মহারাজ পরীক্ষিৎনা শিবা তারে হায়বগী পাও ফংলবা মতুঙদা শুকদেব গোস্বামীগা সঙ্গ তৌদুনা শ্রীমদ্ভাগবতম্ শ্রবণ তৌবগী সুবিধাসি লৌথি অদুগা অপাম্বা ফল অদু ফংথি।

শেম্বান্বা মীতানা শ্রীমদ্ভাগবতম্ পাঠ অমসুং শ্রবণ তৌবগী মতৌ তম্বা জাতা অমা লৈ; মখোয়গী পঙলবা শ্রোতাশিংনা মখোয় মায়ালাংদগী লাম্থোক্লগনি অদুগা অকিবা-লৈতবা পুন্সী ফংলগনি হায়না থল্লী। অদুম্না মতৌ তম্বা শাদুনা শ্রীমদ্ভাগবতম্ শ্রবণ তৌবদি থাগি হায়বদুনি নোংলিঙতাই-ওইবা লোভীশিংনা সংসারগী ভোগ লেপ্তনা চাগে হায়দুনা ভাগবৎ-সপ্তাহ পালন তৌবা অদুদা শেরাম্ননা চঙশল্লনবা তৌরোইদৌবনি।

শ্লোক ২৯

**ইতি রাজ্ঞে উপাদিশ্য বিপ্রা জাতককোবিদাঃ ।**
**লব্ধাপচিতয়ঃ সর্ব্বে প্রতিজগ্মুঃ স্বকান্ গৃহান্ ॥ ২৯ ॥**

শব্দার্থ

ইতি — অসুম্না; রাজ্ঞে— নীংথৌদা; উপাদিশ্য—পাওতাক পীরগা; বিপ্রাঃ—বেদহৈবা মীশিং; জাতক কোবিদাঃ— নৌনা পোকপা অঙাঙশিংগী মরায়বক হোৎপা হৈবা; লব্ধ-অপচিতয়ঃ— পূজা ফংলবা; সর্ব্বে — মখোয় পুম্নমক্না; প্রতিজগ্মুঃ — হনখি; স্বকান্— মখোয় মখোয়গী; গৃহান্ —য়ুম য়ুমদা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নৌনা পোকপা অঙাঙগী লাইবক হোৎপা হৈবা ব্রাহ্মণশিংনা ধর্ম্মরাজ যুধিষ্ঠিরদা উপদেশ পীরগা পূজা দক্ষিণানচিংবা ফংলবা মতুঙদা মযুম মযুমদা হনখি।

নৈনরোল

বেদদি প্রাকৃত অমস্তুং দিব্য জ্ঞানগী পুক্কৈনি। অসিগুম্বা জ্ঞানগী পান্দমদি আত্মা-উপলব্ধিবু মপুঙ ফাহন্‌বনি। অমরোমদা হায়রগনা, বেদদি লৈবাকমচা-তাবা মী খুদিংগী হীরম খুদিংদা লমজিং-শাস্ত্রনি। মীওইবগী পুন্সীদি সংসারগী অৱা-মৈচাকশিংদগী মুক্তি ফংননবগী খুদোংচাবা হায়বহৃ ওইবা মরম্না য়ুম্বান্‌বগী পোৎচঙগী মরমদসু অতৃগা আত্মাগী মুক্তিগী মরমদসু মীওইবগী পুন্সীবু বেদগী জ্ঞান্না চপ-চানা লুচিংবী। বেদ-জ্ঞান্দা থবাই-লুপ্পা বুদ্ধি থৌবা মী কাওলুপ্পা, 'বিপ্রা' হায়বদি বৈদিক জ্ঞানগী গ্র্যাজুয়েট হায়না কৌই। বেদগী মনুঙদা বিদ্যাগী তোঙান তোঙান্‌বা শাখা লৈ, মখোয়তৃগী মনুঙদা জ্যোতিষ্কা আয়ুর্ব্বেদগদি সাধারণ মীচমগীদমক চঙদবা য়াত্রবা মরু-ওইবা বেদাঙ্গনি। মরমতৃনা খ্বাইনা ব্রাহ্মণ হায়রগা খঙনবা বুদ্ধি লৈবা মীতাশিংনা সমাজবু লমজীংনবা হায়তৃনা বেদগী শাখা মথল মথাশিংতৃ পায়রম্মী। লানগী বিদ্যা (ধনুর্ব্বেদ) ফাওববু বুদ্ধি-লৈবা মীতা-সিগুম্বনা পায়রম্মী। অতৃগা বিপ্রশিংনা হায়রিবা বিদ্যাসিগী ওজাসু ওইরম্মী, মতৃদি দ্রোণাচার্য্য, কৃপাচার্য্যনচিংবনা ওইরম্বগুম্বনি।

নৈনরিবা শ্লোকসিদা শীজিন্নরিবা 'বিপ্র' শব্দসিগী থোইদোকপা অর্থ অমা লৈ। বিপ্রগা ব্রাহ্মণগা অনিসি খিক্তং খেন্নৈ। বিপ্রশিংনা কর্ম্ম কাণ্ড হায়বদি (সকাম কর্ম্মগী) মরমদা খ্বাইনা হৈবনি, মখোয়না হিংননবগী পোৎচঙ ফংননবগী মরমদা সমাজবু লমজিংবী, অতৃগা ব্রাহ্মণশিংনা পারমার্থিক জ্ঞানগী মরম খঙবনি। বিভাগশিবু জ্ঞান কাণ্ড কৌয়ি, মসিগী মথক্তা উপাসনা কাণ্ড লৈ। উপাসনা কাণ্ডগী পোলোই ওইবা মতাঙদি ভগবান্ বিষ্ণুদা লৈবা ভক্তিনি অতৃগা ব্রাহ্মণশিংনা সিদ্ধি ফংলবা মতমদা মখোয়বু বৈষ্ণব কৌই। বিষ্ণু উপাসনা হায়বসিনা উপাসনা পুম্নমক্কী মনুঙদা পুঙবাং য়াংবনি। অবাংবা থাক্তা লৈবা ব্রাহ্মণশিংনা ভগবান্‌গী প্রেম সেবাদা চঙলিবা বৈষ্ণবশিংনি; মতৌ অসুম্না ভক্তি - যোগগী বিদ্যা ওইরিবা শ্রীমদ্ভাগবতম্‌বু বৈষ্ণবশিংনা য়াম্না পামজরিবনি। শ্রীমদ্ভাগবতমগী অহৌবদা শুগাইনা তাকহনবতৃনি, শ্রীমদ্ভাগবতম্‌সি বৈদিক জ্ঞানগী অমুনবা হৈনি অতৃগা এসি কাণ্ড - অহুম হায়বদি কর্ম্ম, জ্ঞান অমদি উপাসনা-দগী মথক-থোংবা বিষয়নি।

কর্মকাণ্ড হৈশিংবশিংগী মরক্তা জাতক-খণ্ডবা বিপ্রশিংদি লগ্ন গণনা তৌরগা পোক্লিবা অঙাঙ (জাতক) অদুগী তুংদা ওইরক্কদোবা রা হায়বা ওস্থা জ্যোতিষী অকবনি। অসিগুম্বা জাতক খণ্ডবা বিপ্রশিংনা মহারাজ পরীক্ষিৎনা পোকপা মতমদা য়াওরম্মী অদুগা মবুধো মহারাজ যুধিষ্ঠিরনা বিপ্রশিংদুদা সনা, লম, খুঙ্গং, চেং-হবাইনচিংবা হিংনবগী অচঙপোৎশিং করি হায়নি শনবী কয়া য়াওনা দান তৌখি। সমাজ অমা লিংবদা অসিগুম্বা বিপ্রশিং য়াওদবা য়াদে, অদুনা বৈদিক নিয়ম মতুং ইন্না মখোয়বু মুংঙাইনা লৈহন্নবা থৌরাংবদি রাষ্ট্রগী মথৌনি। অহৈবা বিপ্রশিংবু মতীক চানা রাষ্ট্রনা তলব পীবিরবদি মখোয়না সাধারণ প্রজাদা লেম্না সেবা তৌবা ঙমগনি। অদুম তৌরবদি বৈদিক জ্ঞানগী বিভাগসিগী সেবা খ্বায় পুন্নমক্না ফংগনি।

শ্লোক ৩০

**স এষ লোকে বিখ্যাতঃ পরীক্ষিদিতি যৎপ্রভুঃ।**
**পূর্বন্ দৃষ্টমনুধ্যায়ন্ পরীক্ষেত নরেম্বিহ ॥ ৩০॥**

শব্দার্থ

সঃ—মহাক; এষঃ—মসিদা; লোকে—জগৎ; বিখ্যাতঃ—মিংচৎলম্মী; পরীক্ষিৎ—পরীক্ষা তৌবা মী; ইতি—অম্নুম্না; যৎ—মদুনা; প্রভুঃ—ওস্থা শক; পূর্ব্বন্—হান্ননা; দৃষ্টম্—উখিবদুবু; অনুধ্যায়ন্—তত্তনা নীংশিঙদুনা; পরীক্ষেত—ওইবরা ওইদবরা হায়না পরীক্ষা তৌখি; নরেষু—মী খুদিংদা; ইহ—মফমসিদা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অঙাঙ অসিনা মমাগী পুকনুংদা উখিবা পরম পুরুষ অদুবু তত্তনা নীঙশিংলগা সংসারদা লৈরিবা মীশিংদুবু পরমপুরুষ অদু ওইরিগদ্রা ওইরিগদ্রা হায়না পরীক্ষা (চাংয়েংবা) তৌখি হায়-বগীদমক মহাক জগৎতা 'পরীক্ষিৎ' হায়না মিংচৎপনি।

নৈনরোল

মহারাজ পরীক্ষিৎতি লাইবক ফবনিনা মমাগী গর্ভদা ফাওবা ভগবান্‌গী মূর্তিদো মথম্মোইদা মমি তাখি, মরমদুনা মানা ভগবানবু তত্তনা নীংশিংলম্মী। অমুক্তবু ভগবান্‌গী দিব্য মূর্তিনা পুকনুংদা চপ য়ুংনা লৈপ্রবদি করিগুম্বা মতমদা ফীভম খুদিংমক্তা ভগবানবু কনাগুম্বা অমতনা কাউবা ঙম্মোই। অঙাঙ পরীক্ষিৎনা মমা পুকনুংদগী থোরক্লগা, অউ-অউবা মীবু মমাগী গর্ভদা ইহান হান্না উখিবা মীদুরা হায়না পরীক্ষা তৌরম্মী। অদুবু কনামতা ভগবানগা মান্নবা ঙমদে অদুগা ভগবানদগী হেন্না পুক্নীং হুবসু ঙমদে। মরমদুনা মহাক্না কনামতবু ভগবান্দুনি হায়না লৌখিদে। পরীক্ষা তৌরিঙৈদসু ভগবান্দি তত্তনা মাগা লোয়নরম্লিবনি। মরমদুনা মহারাজ পরীক্ষিৎতো মতম পুম্বদা ভগবান্‌গী সেবা স্মরণ (নীংশিংবা) হায়বসু তৌদুনা লৈরম্মী।

মতাঙসিদা শ্রীলজীব গোস্বামীনা হায়বা অমা লৈ, মদুদি—অঙাঙ পিশক ওইরিঙৈদা কনা-গুম্বা অমগী থম্মোইদা ভগবানগী মূর্তি য়েক্তুনা লৈপ্রবদি মহাক মহারাজ পরীক্ষিৎতৌনা অচৌবা ভগবন্তক্ত অমা শোয়দনা ওইরকই। কনাগুম্বনা মহারাজ পরীক্ষিৎনা মমাগী গর্ভদা লৈরিঙৈদা ভগবানবু উবগুম উবগী লাইবক ফবা হায়বসু ওইদবা য়াই, অদুম্না ফবা লাইবকতো মাগী ওই-প্রবসু করিগুম্বা মমা মপাদুনা মহাকপু অদুম্না লাইবক ফবা ওইহনগে হায়রবদি ওইহনক্না য়াই।

মসিগী মতাঙদা হায়রগদি ঐগী পুন্দীদা চাননা থোকখিবা খুদম অমা লৈ। ঐখোয়গী ইপাহ্রু ভগবানগী শুদ্ধ ভক্ত অমনি, ঐনা চহী মরি মঙাগী অঙাঙ মচা অমা ওইরিঙৈদা ইপানা রাধাকৃষ্ণগী যুগলমূর্ত্তি অমা ঐঙোন্দা পীখি। ঐনা শান্নবদা ইচনম্লুপীগ' লোয়ননা লাই অনীহ্রু লাৎলম্মী। অদুদা য়ুম্লোম্নবগী রাধা গোবিন্দগী মন্দিরদা তৌরম্বা সেবাশিংহ্রুগী মতৌ তম্লম্মী। য়ুম্লোম্নবগী মন্দিরদা তত্তনা চৎপনে অদুগা লাই সেবা মতৌশিংহ্রু ঐগী শান্নবা লাইগীসু তত্তনা তৌবনে অদুনা মরম ওইহ্রুনা ভগবান্‌গা মরী অমা থমগৎলকখি। ইপানা ঐগা য়ুৎচাবা মওংদা তৌরম্বা লাই সেবাহ্রু তৎতনা য়েংলম্মী। মতুঙদদি লাই-লাৎপী শান্নবহ্রু ঐনা স্কুলগা কলেজগা শম্নবদগী তোকখ্রে; অদুগা ঐ অদুম পুমতোক তোক্লম্মী। ঐনা পাখঙগী মতম য়োৗরবদা ঐগী গুরু শ্রীশ্রীমদ্ ভক্তি সিদ্ধান্ত সরস্বতী গোস্বামী মহারাজগা থেংনবদগীদি ঐগী হান্নগী হৈনবীহ্রু তৌবা হৌগৎখি, অদুগা ঐগী শান্নবগী লাই অনীহ্রু নিয়ম নাইবা মওংগী সেবা তৌনবা লাই ওইখি। সেবাসি ঐনা ইমুংগী মীগা শম্নবা তোক্তি্রফাওবা অদুম তৌরম্মী। ইপানা ঐগী থম্মোইদা ভগবান্‌গী মমি তাহন্দুনা মতুনা কোম্বংদা ভগবানগী কৃপাদগী ভগবানগী বিধি নাইবা সেবা ওইরকপা ঙমহনখিবগীদমক ঐ য়াম্না পেঞ্জে। অসিগুম্বা অঙাঙ ওইরিঙৈদগী হৌনা ভগবান্‌গা মরি লৈনবগী মমি তাহন্দবা য়াদে হায়না মহারাজ প্রহ্লাদনসু খ্বাইদা তাকপিখি, নৎত্রগদি মীওইবা মপোকসে অতৈ মপোকুম্না তেল্লবসু মীওই-পোক্কী খুদোংচাবা লৈবহ্রু অরেম্বদা মাঙখিহ্রুনা তোক্কনি।

শ্লোক ৩১

**স রাজপুত্রো ববৃধে আশু শুক্ল ইবোড়ুপঃ।**
**আপূর্য্যমানঃ পিতৃভিঃ কাষ্ঠাভিরিব সোঽন্বহম্ ॥ ৩১ ॥**

শব্দার্থ

সঃ—মহাক; রাজপুত্রঃ—নিংথৌমচা; ববৃধে—চাউরম্মী; আশু—থুনা; শুক্লে—থা-ঙানবা মতমদা; ইব—গুম্না; উড়ুপঃ—নোংদোন-থাজ; আপূর্য্যমানঃ—হম-হম্-চাউনা; পিতৃভিঃ—মপাশিংনা; কাষ্ঠাভিঃ—কলা তরা মঙানা; ইব—গুম্না; সঃ—মহাক; অন্বহম্—নোংমা নোংমগী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শুক্লপক্ষদা নোংদোন থাজনা নোংম নোংমগী চাউথৎলকপগুম্না নিংথৌমচা (পরীক্ষিৎ) অদু মবুধৌশিংনা য়োক-থাক্তুনা য়াম্না থুনা হম হম চাউরম্মী।

শ্লোক ৩২

**যক্ষ্যমাণোঽশ্বমেধেন জ্ঞাতিদ্রোহজিহাসয়া।**
**রাজালব্ধধনো দধ্যৌনান্যত্র করদণ্ডয়োঃ ॥ ৩২ ॥**

শব্দার্থ

যক্ষ্যমাণঃ—যজ্ঞ তৌনীংলম্বা; অশ্বমেধেন—শগোল হাৎপা যজ্ঞনা; জ্ঞাতিদ্রোহ—মরী মতাগা; লানশোক্লবা; জিহাসয়া—পাপ কোক্লীংলহ্রুনা; রাজা—নিংথৌনা; লব্ধধনোঃ—শেল ফংনবা; দধ্যৌ—খল্লম্মী, ন-অন্যত্র—অতৈ উপায়না; করদণ্ডয়ঃ—থাজনাগা শেন-কোঙগা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতমসিদা মরীমতাশিংগা লাল তৌনরুবগী পাপ কোক্লবা যুধিষ্ঠির মহারাজনা অশ্বমেধ যজ্ঞ (শগোল হাংপা যজ্ঞ) তৌনীংলম্মী। অদুবু মহাক শেন্থুম খরা পামদুনা খোয়রাংলম্মী, মরমদি খাজনাগা শেনগোংনা নত্তনা অতৈ শেল লৈরমদ্রে।

নৈনরোল

ব্রাহ্মণ অমসুং বিপ্রশিংবু রাষ্ট্রনা শেন-বাও পাংবিকম খোকপনা নাগরিকশিংদগী খাজনা অমদি শেনগোং খোমজ্জনবগী অধিকার রাষ্ট্রপতিগী লৈরম্মী। কুরুক্ষেত্রগী লানগী মতুংদা রাজকোষ (নিংথৌগী অজে) ইহাং হাংলম্রে, মরমদুনা প্রজাদগী খোমগৎপা খাজনাগা শেনগোংগা নত্তনা শেল-হেন লৈরমদ্রে। হায়রিবা শেনকমসিদি রাজাগী চাদিংগীদমক ওক্লম্মী; অহেনবা শেল লৈতবনা, নিংথৌনা অশ্বমেধ যজ্ঞগী চাদিং তৌনবা শেনকমদু অতোপ্পা পাম্বৈনা ফংননবগীদমক মুংনাংলম্মী। মহারাজ যুধিষ্ঠিরদো ভীষ্মদেবগী য়াথং মতুং ইন্না অশ্বমেধ যজ্ঞ তৌনীংখিবনি।

শ্লোক ৩৩

তদভিপ্রেতমালক্ষ্য ভ্রাতরোঽচ্যুতচোদিতাঃ।
ধনং প্রহীণমাজহ্রুরুদীচ্যাং দিশি ভূরিশঃ ॥ ৩৩॥

শব্দার্থ

তৎ—মহাক্কী; অভিপ্রেতম্—অপাম্বা; আলক্ষ্য—উরগা; ভ্রাতরঃ—মচিন্নুনাওশিংনা; অচ্যুতঃ—লেঙদবা মহাক্না (শ্রীকৃষ্ণনা); চোদিতাঃ—থৌইনশল্লবা; ধনম্—লল; প্রহীণম্—খোমজল্লবা; আজহ্রুঃ—পুরকখি; উদীচ্যাম্—অরাংথংবা; দিশি—মায়কৈদা; ভূরিশঃ—মরাং কায়বা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাক্কী (যুধিষ্ঠির মহারাজগী) থম্মোইনা পাম্বদু উরবদা মনাওশিংনা শ্রীকৃষ্ণনা তাকপদগী অরাং মায়কৈদা চৎলগা (মরুৎ নিংথৌগী যজ্ঞদা লংথোক্লম্বা) সনাতাজনচিংবা লল মরাং কায়না পুরকখি।

নৈনরোল

মগারাজ মরুৎ—পৃথিবীগী নিংথৌরেন অচৌবশিংগী মরক্তা অমনি। যুধিষ্ঠিরগী আ মমাঙদা মহাক্না পৃথিবী পুম্বদা পালম্মী। মহাক অবিক্ষিৎ মহারাজগী মচাবুংঙোনি অদুগা সূর্য্যদেবগী (নুমীৎ কৌবা লাইগী) মচা যমরাজগী ভক্ত অচৌবা অমনি। মাগী ভ্রাতা সম্বর্ত্তদু দেবতাশিংগী লাইরিক হৈবা পুরোহিত বৃহস্পতিগী লাম্বা-পাকা পুরীক্তসি। মরুৎনা সংকার যজ্ঞ কৌবা যজ্ঞ অমা তৌরম্মী, মদুদা ভগবান্না পেল্লদুনা সনাগী চীঙদোন অমা পানৌ হারুনা শিন্নখি। সনাগী চীঙদোনসি হিমালয় পর্ব্বতকী মকম অমদা লৈরম্মী। হৌজিক্কালগী পোৎখিবদা থৌনা ফবা মীওশিংনা থেংননবা হোৎনক্লবা য়াই। মরুৎ অদু কয়ামুক শক্তি লৈবা নিংথৌরেন্নো হায়রবু যজ্ঞ লোইরকপদা নুমীৎ তাবা মতমদা ইন্দ্র, চন্দ্র, বৃহস্পতিনচিংবা দেবতাশিংনা লোক অতৈদগী মহাক্কী কোক্লুং লেংবা লাকখি। সনাগী চীঙদোনদু মাগী মথৃত্তা লৈরবনিনা মাগী সনা ওক্লবা লৈরম্মী। যজ্ঞ-বেদীগী মথক্তা কৃপ্পবা চাঁদোবাদো লোইনমক সনানা শাবনি। মহাক্না নিতিগী যজ্ঞ তৌবদা যজ্ঞগী মরাম চাননবা চাক

থোংবতু থুনা লোইননবা হায়রুনা বায়ুলোক-বাসীশিংবু বার্জোন তৌরম্মী। যজ্ঞদা য়াওরম্বা দেব-সভাতু বিশ্বদেবনা লুচিংলম্মী।

মানা মতম পুম্বদা পুণ্য কর্ম্ম তৌবনা মহাক্না রাজ্যদগী অনা-লাঙ্গথ্ৰ পুম্নমক তাম্বোকপা ঙমখি। দেবলোক অমসুং পিতৃলোকনচিংবা হেন্না-বাংবা লোকশিংদা লৈবা পুম্নমক্না যজ্ঞ তৌবগীদমক মাবু পেল্লম্মী। মুমীৎ খুদিংগী মহাক্না লাইরীক-হৈবা ব্রাহ্মণশিংদা কমুং, ফিদা, তোংনবা রথ অমুগা ওরুবা সনা দান তৌই। দান য়াম্না তৌবগীদমক, মশীঙ নাইদনা যজ্ঞ তৌবগীদমক স্বর্গগী নিংথৌ ইন্দ্রদেবনা মাবু মপুঙ-ফানা পেন্‌খি, অদুনা মতম পুম্নমক্তা মাগী য়াইফনবগীদমক্তা নীংখি। মাগী পুণ্যকর্ম্মগী ফল ওইনা মহাক পুন্সীচুপ্না নহা পাখঙ ওইদুনা লৈখি, অদুগা মাগী পেনজরবা প্রজা, মন্ত্রী, মহিষী, মচানুপা অমদি মচীম্মনাওশিংনা কোয়শিন্দুনা মহাক চহী লীশীং অমা পান্‌খি। শ্রীকৃষ্ণ ফাওবনা মাগী পুণ্যকর্ম্ম তৌবগী পুবচেন্দুবু থাগৎখি। মাগী অমখক্তা ঙায়বী মচানুপীবু মহর্ষি অঙ্গিরাদা পীখি, অদুগা মাগী বরদগী মহাক স্বর্গ কাখি। ইহান্ হানবদা মহাক্না মাগী যজ্ঞগী পুরোহিতকী থবক অদু লাইরীক-হৈবা বৃহস্পতিদা শিন্ননীংবনি, অদুবু নিংথৌদুনদি মর্ত্যলোক-বাসী মী ওইবনিনা বৃহস্পতি দেবতানা পুরোহিতকী ফম অদু লৌ হায়বা য়াখিদে। অদুদা মহাক য়াম্না মুংঙাইখিদে, অদুবু নারদ মুনিনা তাকপিবদগী সম্বর্ত্তবু পুরোহিতগী ফমদা হাপখিবনি অদুগা মাগী থবক-তা মঙ্গল ওইখি।

যজ্ঞ অমা তৌবগী মঙ্গল ওইবদি পুরোহিত ওইরিবা মাগী মথুত্তা লৈরে। হৌজিক্কী যুগসিদদি যজ্ঞ তাৎ পুম্নমক থীংলে মরমদি ব্রাহ্মণগী গুণ চেন্দবা অদুগা ব্রাহ্মণ্না পোকপা মচানি হায়না শেরান্নবা রাথন্না পুরবা ব্রাহ্মণ অমনি হায়জবা মখোয়দুগী মরক্তা লাইরীক-হৈবা পুরোহিত লৈতে। মরমসিনা কলিযুগসিদা ভগবান্ শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা হৌদোকপিরম্বা সঙ্কীর্ত্তন-যজ্ঞ কৌবা যজ্ঞ তাৎ অসিতম্বু তৌথা য়াগনি হায়নরে।

## শ্লোক ৩৪

**তেন সম্ভৃতসম্ভারো ধর্ম্মপুত্রো যুধিষ্ঠিরঃ।**
**বাজিমেধৈস্ত্রিভির্ভীতো যজ্ঞৈঃ সমযজদ্ধরিম্ ॥ ৩৪ ॥**

### শব্দার্থ

তেন—লল্ অদুনা; সম্ভৃত—খোমজল্লম্বা; সম্ভারঃ—পোৎচঙ; ধর্ম্মপুত্রঃ—ধর্ম্মরাজ; যুধিষ্ঠিরঃ—যুধিষ্ঠির; বাজিমেধৈঃ—অশ্বমেধনা; ত্রিভিঃ—অহুম্না; ভীতঃ—কিরম্নবা; যজ্ঞৈঃ—যজ্ঞনা; সমযজৎ—পূজা তৌরম্মী; হরিম্—শ্রীহরিবু।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

লল্ অদুনা নিংথৌনা অশ্বমেধ অহুমগী পোৎচঙ খোম্নাং তৌবা ঙমখি। অদুম্না তৌরগা কুরুক্ষেত্রগী লাল মতুঙদা য়াম্না কিরম্নবা ধর্ম্মরাজ যুধিষ্ঠিরনা ভগবান্ শ্রীহরিবু পূজা তৌখি।

### নৈনরোল

মহারাজ যুধিষ্ঠিরদি ফিদয়ঙাই ওইরবা অদুগা মিংচৎলবা পৃথিবীগী ধর্ম্মরাজনি। অদুম ওইনমক মহাকপু সিংহাসনদা কাহল্লবগীদমক কুরুক্ষেত্রগী লান্দা মীয়াম হাৎখিবা মরম্না লাল মতুঙদা মহাক

য়াম্না কিখি। মরমসিনা মহাক্না লান্দা তৌখিবা পাপ পূম্নমক্কী দায়ীনি হায়না মশাবু খন্খি। পাপ ময়ামসি কোক্লবা হায়তুনা শগোল-হাৎপা যজ্ঞ (অশ্বমেধ যজ্ঞ) অহুমথক তৌবা পামখি। অসিগুম্বা যজ্ঞদি শেল-চঙবা যজ্ঞনি। মতুগীদমক মহারাজ যুধিষ্ঠির ফাওবনা মরুৎ মহারাজগা মঙোন্দগী দান ফংখিবা ব্রাহ্মণশিংগনা হুন্দোক্লম্বা সনা মপৈতু খোম্বা তাখি। লাইরীক-হৈবা ব্রাহ্মণশিংতুনা মহারাজ মরুৎনা মখোয়দা পীরম্বা সনা কোকথোঙশিংতু পুবা ঙমখিদে, মরমতুনা দানগী শরুক অয়াম্বদি মখোয় হুন্দোক্লম্মী। অতুম্না দান তৌথোকপ্রবা সনাতু মহারাজ মরুৎনসু অমুক হন্না লৌশনখিদে। মতুদগী হেন্দোক্লতুনা, যজ্ঞদা শীজন্নখিবা সনাগী পুথম অমদি সনাগী পাত্রশিংতুসু থুনাম-নাঙৈ হুন্দোক-ক্ষমদা হুন্দোকখি। হায়রিবা সনা মপৈশিংসে মহারাজ যুধিষ্ঠিরনা মাগী থবক্কীদমক খোম্নমত্রিফাওবা মতম শাংনা কনামতনা লৌবিত্রবা লন ওইনা তারম্মী। ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনা মহারাজ যুধিষ্ঠিরগী মনাওমুপাশিংদা লৌবিনঙাই লৈতনা তাতুনা লৈরবা লল অতু খোমজন্নবা পাওতাক পীখি। মরমদি লন্দু নিংথৌগী ওইরবনি। অঙকপা অমনা, রাষ্ট্রগী প্রজা অমতনসু তাতুনা লৈরবা সনাতু লল্লোন্ ইতিক্লচিংবা তৌনন্বা খেন্নুগে হায়রমদে। মসিনা তাকপবু, প্রজাশিংগী হিংনবগী অচঙপোৎ পুম্নমক রাংলমদবা মরম্না মখোয় য়াম্না মুংঙাইনা পেন্দুনা লৈরম্মী হায়বসি তাকপনি, অতুগা ইন্দ্রিয় পেন্নবগীদমক কান্নদবা পোৎথোক পুথোক্লুনা তৌবতু পান্নমদে হায়বসু তাকপনি। মহারাজ যুধিষ্ঠিরনসু সনা মপৈতু যজ্ঞগীদমক অতুগা ভগবান্ পরমেশ্বর শ্রীহরিবু পেলহন্নবগীদমক লৌরম্বনি। অতু নত্রগদি রাজকোষগীদমক মহাক সনাশিংতু পান্নমদে।

মহারাজ যুধিষ্ঠিরগী মতৌসি ঐখোয়না তমগদবনি। লান্‌ফমদা তৌখিবা পাপ ময়ামতুবু মহাক্না কিখি, মরমতুনা মহাক্না পুঙথোই-থোইবা মপু মহাকপু পেলহনগে নীংখি। মসিনা তাকপা অমা লৈ, মতুদি—ঐখোয়গী মুমীৎ খুদিংগী ইথৌ পাঙথোকপা মতমদা তৌগে খল্লুদবা পাপ কয়াসু তৌরি, অতুনা তৌনীংদবা ইরাল কয়া তৌখিবতু কোক্লবা হায়তুনা লাইতাকশাস্ত্রশিংদা হায়রিবা যজ্ঞশিংতু ঐখোয় তৌগদবনি। ভগবান্না ভগবদগীতাদা হায়রি (যজ্ঞার্থাৎ কর্ম্মণোঽন্যত্র লোকোঽয়ং কর্ম্মবন্ধনঃ) মতুদি—তৌ হায়দবা থবক তৌরুবগীদমক নত্রগা তৌগে নীংত্রবসু শোয়গনবদগী শোয়দো-ক্লুবা দোষশিংতু কোক্লবা শাস্ত্রনা তাক্লিবা যজ্ঞ তৌথোকপা তাবনি। মতুম্না তৌরগা, জাৎ পুম্নমক্কী পাপ কোকপা য়াগনি। মতুম্না যজ্ঞ তৌথোক্লবা অতুগা মশাগী ওইজবা থিবদগী নত্রগা মশাগী ইন্দ্রিয় পেন্নবগী থবক্তা তৌবা মীশিংদি তৌখিবা পাপশিংগী ফল অরাবা কয়া ফংবা তাবনি। মরমসিনা যজ্ঞ তৌবগী মরুওইবা পান্দমদি পরমেশ্বর ভগবান্ শ্রীহরিবু পেলহন্‌বনি। যজ্ঞ তৌবগী নিয়ম মতমগী মফমগী অতুগা যজ্ঞ তৌরিবা মীতুগী খেন্নবা মতুং ইন্না খেন্নবা য়াই, অতুবু যজ্ঞ পুম্নমক্কী পান্দমদি মফম-মতম পুম্বদা অমতনি চপমান্নবনি, হায়বদি পরমেশ্বর শ্রীহরিবু পেলহনবা হায়বসিতনি। মতুনি ধর্ম্মগী ওইবা পুন্সি মরেন হায়বদো অতুগা মতুতনা পৃথিবী পুম্বগী শান্তি অমসুং উন্নতি ফংনবগী লম্বীনি। মহারাজ যুধিষ্ঠিরনা পৃথিবীদা ফিদমঙাই ধর্ম্মরাজনিনা মসি পুম্নমক তৌরম্মী।

মহারাজ যুধিষ্ঠিরনা মহাক্কী মুমীৎ খুদিংগী মথৌ পাঙথোকপদা হায়বদি নিংথৌ অমা ওইনা লৈপাক ঙাকপগী থবক মীহাৎ শাহাৎনচিংবা য়াই হায়বা থবক পাঙথোকপদা পাপী অমা ওইরবদি কলিযুগগী মীশিং, পরমেশ্বর ভগবানবু পেলহন্নবা যজ্ঞ তৌনবা পাম্বে লৈতবা করিসু হৈত্রবা মখোয়শিংসিনা খঙনা খঙনা নত্রগা খঙদ খঙদনা তৌরিবা পাপকী মশীঙদি ঐখোয় ইলায়-লায়না খন্দুনা লাম্বা ফংগনি। মরমতুনা, মীওইবগী মরু-ওইবা মথৌদি মশা মশাগী বর্ণাশ্রমগী মথৌতু পাঙথোক্লুনা পরমেশ্বর ভগবান্‌বু পেলহনবা অসিনা ওইগদবনি হায়না ভাগবতম্না হায়রি (ভাগঃ ১।২/১৩)।

মকম খুদিংমক্কী, সম্প্রদায় খুদিংমক্কী, বর্ণ খুদিংগী নত্রগা ধর্ম্ম খুদিংমক্কা মাগী মশিল অমা পায়গে পায়সনু, অদুবু থোইদোকপা মকম, মতম অমসুং মীতাগীদমক লৈরিবা শাস্ত্রশিংনা চায়বা যজ্ঞশিংদু তৌগে হায়না মহাক য়াদবা য়াদে। কলি যুগসিদদি কৃষ্ণনাম শোনবগী অপরাধ য়াওদবা মশোন্ শোন্দুনা ভগবান্ গুণ-কীর্ত্তন তৌদুনা মীশিংনা লেন্‌বা হায়বসে বৈদিক সাহিত্যশিংনা তাক্লী (কীর্ত্তনাদেব কৃষ্ণস্য মুক্তসঙ্গঃ পরং ব্রজেৎ)। মতৌ অসুম তৌরগা মী অমগী মপাপ পুম্নমক কোক্লনি অদুগা ভগবান্‌গী নাক্তা হন্দুনা পুন্সিগী সিদ্ধি ফংগনি। রাজমসি ঐখোয়না অচৌবা গ্রন্থসিগী মকম মকমদা থোইদোক হেন্দোক্লা ভগবান্ শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুগী জীবনী মতেক অমা ভূমিকাদা হাপ্লগা হায়না নৈনশ্রে; অদুম ওইনমক রাজমসি সমাজদা শান্তিগা উন্নতিগা পুরকপা ভয়নবগীদমক অমূক হন্না নৈনরিবনি।

ভগবান্না করম্বা মতৌদা ঐখোয়বু পেন্‌বিগদগে হায়বদু মহাক্না ভগবদগীতাদা ইফোং-ফোংনা লাউথোক পিখরে। মতৌ অদুমক শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুগী পুন্সিদা অদুগা প্রচারগী মতাঙদা থবক ওইনা উৎলগা তাকপীরম্লে। পরমেশ্বর শ্রীহরিবু (সংসার-মৈচাক পুম্নমক কোকহন্‌বিবা পরমেশ্বর ভগবান্দবু) পেলহন্নবা চপচাবা যজ্ঞ মতৌদি খৎন-চৈনবা অমদি মত-খেন্নবগী কলিযুগসিদা ভগবান্ শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা তাক্লম্বা মওং ময়ামদু ইন্‌বনি।

মহারাজ যুধিষ্ঠিরনা রাৎপা-লৈতবা মতমদুদা অশ্বমেধ যজ্ঞগীদমক মতীকচাবা পোৎলম লাওনবা হায়দুনা সনা মপৈ খোম্বা তখি। মরমদুনা রাৎপনা থল্লবা অদুগা সনা পুঙতাঙ তাঙলবা মতমসিদা অদুগুম্বা যজ্ঞশিংদু তৌবগী রা মখোয় থল্লবা ঙমদে। হৌজিক্কালদদি মখোয়গী লৈরিবা হায়ববু চেগী মপৈগা আধুনিক সভ্যতা আর্থিক উন্নতিগী রা মতুঙ ইন্না চে ময়ামদুবু সনা ওন্থহন্নবা রাশক ময়ামগদা মঙায়রে। অদুমকপু মী অমমম্তা ওইনা নৎত্রগা ময়াম পুল্লপ পুল্লগা নৎত্রগা রাষ্ট্রনা মতেঙ পাংলগা ওইরবসু মহারাজ যুধিষ্ঠিরদোনা চাদিং অদুক য়াম্না তৌবদি ওইথোক্তরে। মরমসিনা যুগসিগা যুৎ-চাবদি শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা শাস্ত্রগী রা ওইনা তাকপীরম্বা লম্বীসিদনি। লম্বী-সিদি শেল চঙদবনি, অদুম ওইনমক শেলচঙবা যজ্ঞ তৌবগী লম্বী অতৈশিংদগী হেন্না কান্নবা পীবা ঙম্মী।

বেদবিধি মতুঙ ইন্না তৌবা অশ্বমেধ যজ্ঞ নৎত্রগা গোমেধ (শল হাৎপা) যজ্ঞবু শা হাৎপনি হায়না শেরান্নরা লৌবা য়াদে। মদুগী ওন্ন-তৈনবা অর্থদা হায়রগা, যজ্ঞদা কৎলিবা শাশিংদুবু বেদমন্ত্র শোন্‌বগী দিব্য-শক্তিনা অনৌবা হকচাঙ অমা ফংহন্দুনা তগৎ তগৎ তেকহন্‌বনি, অনৌবা পুন্সি অমা লেলহন্‌বনি। বেদমন্ত্রশিংদি নিয়ম চুম্না শোল্লবদি মীচম্না খঙনরিবা অদুগা খেন্নে। বেদমন্ত্রশিংদি থবক ওইনা পুথোকপা য়াবনি মদুগী প্রমাণদি যজ্ঞদা হাৎলবা শাদুনা অমুক তেক-খৎনা হিঙৎহন্‌বা অসিনি।

হৌজিক্কালগী ব্রাহ্মণী হায়বশিংনা নত্রগা পুরীতশাবশিংনা বেদমন্ত্রশিংবু নিয়ম-নাইনা শোন্‌বদি ওইথোক্তরে। দ্বিজ (অনীরক পোকপা) জাতিগী মচামগুশিংনা বৈদিক যজ্ঞ তৌবা তমদবা ঙাক্তনিনা মখোয়গী মপামপুশিংগুম্বা অমত্তা নত্তরে, অদুনা মখোয়বু শূদ্র হায়বদি দ্বিজ নত্তবা মরক্তা চল্লে। দ্বিজ নত্তবা শূদ্রদি বেদমন্ত্র শোন্‌বদা মতীক চাবা ঙমদে, মরমদুনা মূল মন্ত্রশিংদু শোল্লবগী কান্নবা মহৈ চাদ্রে।

মখোয় পুম্নমকসিবু কান্নবা হায়রদুনা ভগবান্ শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা সঙ্কীর্ত্তন যজ্ঞসি থবক মরম

লোইনমক্তা কান্নবা হৌদোকপীরয়ে। যুগসিংগী মীশিংনা শোন্নবা লৈত্রবা অদুগা মরাক্সু য়ানববা লম্বীসি চৎনবা হায়দুনা য়ায়া কন্না তাক্লিবনি।

শ্লোক ৩৫

**আহুতো ভগবান্ রাজ্ঞা যাজয়িত্বা দ্বিজৈর্নৃপম্।**
**উবাস কতিচিন্মাসান্ সুহৃদাং প্রিয়কাম্যয়া॥ ৩৫॥**

শব্দার্থ

আহূতঃ—কৌরদুনা; ভগবান্—ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণ; রাজ্ঞা—নিংথৌনা; যাজয়িত্বা—তৌহন্দুনা; দ্বিজৈঃ—লাইরীক-হৈবা ব্রাহ্মণ-শিংনা; নৃপম্—নিংথৌগীদমক; উবাস—লৈখি; কতিচিৎ—খরা; মাসান্—থা; সুহৃদাম্—মরীমতাশিংগী; প্রিয়কাম্যয়া—মুংঙাইনবগীদমক।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহারাজ যুধিষ্ঠিরনা যজ্ঞ য়াওননবা ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণদা বার্তোন কৎলবদা যজ্ঞদু অহৈবা দ্বিজশিংনা তৌহন্নবা হায়দুনা য়েংশনুখি। অদুগী তুংদা, মরিমতাশিংগী মুংঙাইনবা হায়দুনা ভগবান্না থা কয়ারোম লৈখি।

নৈনরোল

ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণবু যজ্ঞ তৌবদুগী অশোয় অঙাম থোক্তনবা খরা য়েংশিনবিয়ু হায়না মহারাজ যুধিষ্ঠিরনা বার্তোন তৌখি। অদুগা ভগবান্না ময়াদুং যুধিষ্ঠিরগী য়াথং ইন্বগীদমক, যজ্ঞদু লাইরীক হৈবা দ্বিজ ব্রাহ্মণশিংবু নেক্তুনা তৌহনখি। ব্রাহ্মণগী ইমুঙদা পোকপদনা কনাসু যজ্ঞ তৌবগী গুণ চেন্দে। মতিকচাবা আচার্য্যগী দীক্ষা লৌদুনা শিক্ষা চপচানা কংবা দ্বিজ ওইগদবনি। দ্বিজ-নত্তবা ব্রাহ্মণগী মচাশিংদি দ্বিজ-নত্তবা শূদ্রশিংগা অক্মানি। অসিগুম্বা ব্রহ্মবন্ধুশিং হায়বদি দ্বিজ-নত্তবা ব্রাহ্মণগী গুণ চেন্দবা মীশিংবু ধর্ম্মকর্ম্ম হায়বদি বৈদিক কর্ম্মদা য়াওহল্লোইদৌবনি। যজ্ঞগী শীল্লাঙবগী থবক অসি য়েংশন্নবা শ্রীকৃষ্ণদা শিন্নরম্মী। শ্রীকৃষ্ণদি মপুঙফাবনিনা, অশেংবা দ্বিজ ব্রাহ্মণ ঙাক্তনা যজ্ঞদু মঙ্গল ওইনবগীদমক তৌহল্লম্মী।

শ্লোক ৩৬

**ততো রাজ্ঞাভ্যনুজ্ঞাতঃ কৃষ্ণয়া সহ বন্ধুভিঃ।**
**যযৌ দ্বারবতীং ব্রহ্মন্ সার্জ্জুনো যদুভির্বৃতঃ॥৩৬॥**

শব্দার্থ

ততঃ—মতুগী তুংদা; রাজ্ঞা—নিংথৌনা; অভ্যনুজ্ঞাতঃ—য়াথংলবা; কৃষ্ণয়া—শ্রীকৃষ্ণনা; সহ—লোয়ননা; বন্ধুভিঃ—অতৈ মরীমতাশিংগা; যযৌ—চৎখি; দ্বারবর্ত্তিম্—দ্বারকাধামবা; ব্রহ্মন্—হে ব্রাহ্মণশিং; স-অর্জ্জুনঃ—অর্জ্জুনগা লোয়ননা; যদুভিঃ—যদু শাগৈগী মীশিংনা; বৃতঃ—কোয়শল্লবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে শৌনক, অদুগী তুংদা শ্রীকৃষ্ণনা মহারাজ যুধিষ্ঠির, দ্রৌপদী অতৈ মরীমতাশিংদগী বিদায় লৌরগা অর্জ্জুনগা লোয়ননা অমদি যদু শাগৈগী মীশিংনা কোয়শন্দুনা দ্বারকাধাম পাংখি।

অসুম্না ব্রহ্মসূত্রভাষ্য শ্রীমদ্ভাগবতম্গী অহান্বা স্কন্ধদা মহারাজ পরীক্ষিৎ পোকপা কৌবা ভরানীথোইশুবা অধ্যায় লোইরে।

# তরাহুমদোইশুবা অধ্যায়

## ধৃতরাষ্ট্রনা য়ুম থাদোকপা

শ্লোক ১

সূত উবাচ
বিদুরস্তীর্থযাত্রায়াং মৈত্রেয়াদাত্মনোগতিম্ ।
জ্ঞাত্বাগাদ্ধাস্তিনাপুরং তয়াবাপ্তবিবিৎসিতঃ ॥ ১ ॥

শব্দার্থ

সূতঃ উবাচ—শ্রীসূত গোস্বামীনা হায়রম্মী; বিদুরঃ—বিদুর; তীর্থযাত্রায়াম্—তীর্থ ময়াম কোইরুবদা; মৈত্রেয়াৎ—মহর্ষি মৈত্রেয়দগী; আত্মনঃ—আত্মাগী; গতিম্—পন্থং; জ্ঞাত্বা—খঙলদুনা; আগাৎ—হল্লকখি; হস্তিনাপুরম্—হস্তিনাপুরদা; তয়া—জ্ঞান অদুনা; অবাপ্ত—চপচানা তোংজবা মী অমা; বিবিৎসিতঃ—খঙবা য়াবা খুদিংমক খঙলবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীসূত গোস্বামীনা হায়রম্মী—তীর্থ ময়াম কোয়না চৎলুবদা, বিদুরনা মহামুনি মৈত্রেয়দগী আত্মাগী পন্থং করিনো হায়বদু খঙলকই অদুগা মহাক হস্তিনাপুরদা হল্লকখি। মহাক আত্মাগী পন্থং খঙলকপদুনা মহাক্না খঙবা য়াবা পূর্ণমক খঙলকখি।

নৈনরোল

বিদুর—মহাভারত কোবা ইতিহাসদা অখোইবা মীশক অমনি। মহাক ব্যাসদেবনা পাণ্ডুগী মমা অম্বিকা কোবী অদুগী মীনাইনুবীগী গর্ভদা মরু হনখিবনি। মহাক যমরাজগী অবতারনি। মণ্ডুক মুনিগী শাপ ফংলবদা মহাক শূদ্র অমা ওইবা তাখি। রারীদু মথাদা পীরিবসিনি। মতম অমদা রাষ্ট্রগী পুলিসনা মণ্ডুক মুনিগী আশ্রমদা লোৎলম্মা হুরানবা খরবু ফাখি। পুলিসশিংদুনা হুরান-বশিংবু ফাবা হৌনবগী ফারে, অদুগা লোয়ননা মণ্ডুক মুনিবুসু ফাখি। বিচারপতিনা মুনিদু ডা অমনা থিল্লগা হাৎপগী দণ্ড পীখি। ডা থিল্লমদাইদা পাও অদু নিংথৌগী মনা য়ৌখি। মহাক্না মহামুনি অমা ওইবা মরম্না নিংথৌনা দণ্ডিদু থিংখি। নিংথৌনা মাগী মীনা লানথিরদুগী দমক ডাকপিদু হায়না মশামক্না হায়জখি; অদুগা মুনিনা জীবশিংগী মরায়বক লেপ্পা ম গী মনাক্তা চৎখি। মুনিনা হংলবদা যমরাজনা খুমখি—মুনিনা অঙাঙ পিশক ওইরিঙৈদা ককচেঙ অমদা থৌরবা চরুনা লেংখি, মরমদুগীদমক মুনিনা অবাবা তাবনি। অঙাঙনা খঙদদুনা তৌরুবা মরালগীদমক মাবু দণ্ড তৌরম্বগীদমক মুনিনা যমরাজগী থবক্তুবু অশিংবগী থবক্তি থনখিদে। অদুনা যমরাজবু শূদ্র অমা ওইনা পোকপ হায়না মুনিনা শাপ তৌখি। যমরাজনা শূদ্র ওইনা তৌরকপা অবতারসি ধৃতরাষ্ট্র

অমসুং মহারাজ পাণ্ডুগী শূদ্র-ভ্রাতা বিদুর হায়না খঙনৈ। কুরু শাগেগী মচানুপা শূদ্র বিদুরবু ভীষ্মদেবনা অতৈ মচীমাওশিংনা পোকপা মচাশিংগা চপ মান্ননা লুনা তৌখি। অদুদগী মতমগী খোঙলৈ মতুঙ ইন্না বিদুরনা শূদ্র নিঙোন অমদা ব্রাহ্মণ মপানা পোকপা মচানুপী অমবু লুহোংদুনা লৌখি। বিদুরনা মপাগী (ভীষ্মগী মনাওনা পোকপা) সম্পত্তিগী স্বত্ব ফংখিদে, অদুম ওইনমক বিদুরগী ময়াম্বুং ধৃতরাষ্ট্রনা রাজ্যগী সম্পত্তি চপচানা ওক্লবা পীবিরম্মী। বিদুর ময়াম্বুংবু য়াম্না লুনা নীংলম্মী। অদুনা মতম পুম্বদা মহাক্না ময়াম্বুংবু অচুম্বা লম্বীদা লমজিংনবা হোৎনখি। কুরুক্ষেত্রগী মচীম্নাও হাৎনবা লানগী মনুঙদা বিদুরনা ময়াম্বুংবু পাণ্ডুগী মচাশিংগী মকমদা চুম্না চৎনেনবা হন্না হন্না হায়জখি। অদুবু বিদুরনা অদুম্না মরকখৎজকপদু দুর্য্যোধন-না পাম্নদে, অদুনা মহাক্না বিদুরবু চাননা ঈকাইবা পীখি। মসিগী ফল ওইনা বিদুরনা য়ুম থাদোক্লুনা তীর্থযাত্রা তৌখিবনি অদুগা মৈত্রেয়দগী পাওতাক ফংখিবনি।

### শ্লোক ২

**যাবতঃ কৃতবান্ প্রশ্নান্ ক্ষত্তা কৌষারবাগ্রতঃ।**
**জাতৈকভক্তিগোবিন্দে তেভ্যশ্চোপররাম হ ॥২॥**

### শব্দার্থ

যাবতঃ—মদু পুম্বা; কৃতবান্—হংখি; প্রশ্নান্—ৱাহংশিং; ক্ষত্তা—বিদুরগী মমিং অমা; কৌষারব—মৈত্রেয়গী মিং অমা; অগ্রতঃ—মমাঙদা; জাত—পোক্লবা; এক—অমা; ভক্তি—প্রেম-সেবা; গোবিন্দে—গোবিন্দদা; তেভ্যঃ—প্রশ্ন মখা তাবা; চ—অমসুং; উপররাম—তোকখি; হ—হৌরবা মতমদা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ৱাহং কয়ামকুম হংলবা অদুগা ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণদা অমতা-ভায়বা ভক্তি পোক্লরবা মতুঙদা বিদুরনা মৈত্রেয়দা মখা তানা ৱা হংবা তোকখি।

### নৈনরোল

পুলিগী খ্বাইদগী ফবা হায়বদুদি ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণদা ভক্তি লৈবনি হায়বদু মৈত্রেয়না বিদুরদা থাজহন্নবদা বিদুর মৈত্রেয়দা ৱাহং মখা তা-া হংথরমদ্রে। শ্রীকৃষ্ণদি গোবিন্দনি হায়বদি মহাক্কী ভক্তশিংবু মায়কৈ শুনা পেলহন্বা মহাক অদুনি। মায়াবদ্ধ আত্মা হায়বদি সংসারগী জীবনা প্রাকৃত গুণশিংদা মশাগী ইন্দ্রিয়শিংবু শীজন্নরগা মুংঙাইবা থিরি, অদুবু অদুনদি মহাকপু পেলহন্বা ঙমদে। অদুদগীদি মহাক্না জ্ঞান মার্গনা মবুদ্ধিগী কসরৎ তৌদুনা পরমসত্য (পরতত্ব) করিনো হায়বদু থিরকই। অদুবু মহাক্না পরম-গতি (অরোয়বী পন্দুং) ফংদ্রবদি অমুক সংসারগী থবক তৌবা হৌদুনা লৈখা তাথরকই অদুগা বিশ্বপ্রেমগী অমদি পরোপকার তৌবগীদমক মশাবু শীজন্নৈ। হায়রিবা থবকশিংসিনদি মহাকপু পেলহন্বা করিমতা ঙমদে। মরমসিনা সকাম কর্ম্মীগী অমদি জ্ঞানীগী থংক্লা কনামতবু পেলহন্বা ঙমদে মরমদি জীবগী স্বরূপ মতুঙ ইন্না মহাক্তি পরমেশ্বর ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী নিত্য-দাসনি (মতম পুম্বগী ওইদুনা লৈবা মনাইনি), অদুনা পরমগতিসি ফংননবা বৈদিক সাহিত্য পুম্মক্না খুদোন্বীনা বিন্দুনা তাকপগুম তাক্লি। ৱাকমসি ভগবদগীতানা য়ারবা অমনি (১৫/১৫)

বিদুরগুম্বা খঙনীংবা মায়াবদ্ধ জীব অমনা থাজবা-য়াবা মৈত্রেয়গুম্বা গুরু অমগী মকমদা চঙগদৌবনি অদুগা অশিং-অশিংবা ৱাহং হংদুনা কর্ম্ম (ফল-পাম্বা থবক), জ্ঞান (দার্শনিকশিংনা পরতত্ত্ব থিবা) অমসুং যোগগী (আত্মা-উপলব্ধিগী ভিন্নবা মতৌ) মরম খুদিংমক খঙননবা হোৎনগদবনি।

গুরুদা তশেংনা খঙনীংবগীদমক বা হংনীংঙবদি মীঙোন্দা উৎনবা লীক্লী অহাঙবগুম্ব। গুরুবু গুরুনি হায়না লৌরুকম থোক্তে। অদুগা মী অতৈগী গুরুনি হায়না'ময়ামদা উৎপা মীতানা মাগী শিষ্যবু ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী প্রেম-সেবা তৌহন্‌বা ওমন্ত্রবোইদি গুরু অমনি হায়না উৎপা চুমদে। বিদুরদি মৈত্রেয়গুম্বা গুরুগী মনাক্তা চঙজদুনা মহে চাজখি, মহাক পুক্নীংগী পম্বৎ গোবিন্দদা তৌবা ভক্তি হায়বদু ফংখি। মতৌ অসিনা আত্মাগী গতিগী মরমদা মখা অমা খঙনগাই মহাক্কী লৈরমদ্রে।

শ্লোক ৩-৪

**তং বন্ধুমাগতং দৃষ্ট্বা ধর্ম্মপুত্রঃ সহানুজঃ।**
**ধৃতরাষ্ট্রো যুযুৎসুশ্চ সূতঃ শারদ্বতঃ পৃথা ॥৩॥**
**গান্ধারী দ্রৌপদী ব্রহ্মন্ সুভদ্রা চোত্তরা কৃপী।**
**অন্যাশ্চ জাময়ঃ পাণ্ডোর্জ্ঞাতাঃ সসুতাঃ স্ত্রিয়ঃ ॥৪॥**

শব্দার্থ

তম্—মহাকপু; বন্ধুম্—মরীমতা; আগতম্—লাক্লম্বা; দৃষ্ট্বা—উরদুনা; ধর্ম্মপুত্রঃ—যুধিষ্ঠির; সহ—অনুজঃ—মনাওশিংগা লোয়ননা; ধৃতরাষ্ট্রঃ—ধৃতরাষ্ট্র; যুযুৎসুঃ—সাত্যকি; চ—অমসুং; সূতঃ—সঞ্জয়; শারদ্বতঃ—কৃপাচার্য্য; পৃথা—কুন্তী; গান্ধারী—গান্ধারী; দ্রৌপদী—দ্রৌপদী; ব্রহ্মন্—হে ব্রাহ্মণশিং; সুভদ্রা—সুভদ্রা; চ—অমসুং; উত্তরা—উত্তরা; কৃপী—কৃপী; অন্যাঃ—অতৈ; চ—অমসুং; জাময়ঃ—অতৈ পরিবারগী মুপীশিং; পাণ্ডোঃ—পাণ্ডবশিংগী; জ্ঞাতয়ঃ—পরিবারগী মীশিং; সসুতাঃ—মচানুপাশিংগা লোয়ননা; স্ত্রিয়ঃ—মুপীশিং।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মখোয়গী মরী-মতা বিদুরবু লাকপা উরবদা মহারাজ যুধিষ্ঠির, মনাওনুপাশিং ধৃতরাষ্ট্র, সাত্যকি, সঞ্জয়, কৃপাচার্য্য, কুন্তী, গান্ধারী, দ্রৌপদী, সুভদ্রা, উত্তরা, কৃপী, কৌরবশিংগী অতৈ তালোইশিং, অদুগা মচাশিংগা লোয়নরকপা অতৈ মুপীশিং—মখোয় লোইনমক হরাওনা মহাক্কী নাক্তা হোঙোলম্মী। মতম কুইরবগী তুংদা মখোয়শিং জ্ঞান হন্না ভারকপগুম তৌখি।)

নৈনরোল

গান্ধারী—পৃথিবীগী ইতিহাসতা ফিদমুঙাই ওইবী সতীনি। মহাক গান্ধার (হৌজিক্কী কাবুলগী মনুঙদা লৈবা কান্দাহার) দেশগী নিংথৌ মহারাজ সুবলগী মচানুপীনি। মহাক্না লুহোংজিঙৈদো ভগবান্ শিববু লাৎচখি। হিন্দু লৈশাবীশিংনা অয়াম্বা মতমদা মবা-মপুরোইবা অফবা ফংজগে হায়দুনা ভগবান্ শিববু ইড়াৎচৈ। গান্ধারীনা ভগবান্ শিববু পেলহল্লম্মী; মচানুপা চামা ফংননবা বর ফংলদুনা মহাকপু ধৃতরাষ্ট্রদা বাগদান তৌখি, তৌবগীদি ধৃতরাষ্ট্রদু পুক্নী চুপ্না মীৎ-তাঙলম্নবনি। মপুরোইবা ওইগদৌরিবা অদু মিত্তাঙবা অমনি হায়না গান্ধারীনা খঙলকপা মতমদা পুক্নিগী লোয়নবা ওইগদৌরিবা মীদুগী মতৌ তমদুনা মহাকসু লম্নাই ওইনা মিত্তাংবী ওইগে হায়না লেপখি। মরমদুনা মহাক্না মমিৎ অনীদু শিলিক মন্নাম লোন্‌শল্লগা খুমজনখি। অদুগা মহাক মবুঙ শকুনিনা চিংবিরগা ধৃতরাষ্ট্রদা লুহোঙবিখি। মহাক মহাক্কী মতমমদুদা খাইদগী শক-ফজবী লৈশাবীনি অদুগা ফজবগী মতীক মহাক মুপী ওইবগী গুণা লৈতেংলম্বী অমনি, অদুনা কৌরব রাজসভাগী মী খুদিংমকপু মুংশিহল্লম্মী। অফবা গুণশিংদু লৈন-লৈনমক মুপী ওইবগী হৌনশা দোষ খরদি মাগী লৈরম্মী; কুন্তীনা পোকপা অহান্‌বা মচাদু মুপা ওইবদুদা মহাক্না কুন্তীবু কলল্লম্মী। রাণী অনীমক মীরোল্লম্বনি, অদুবু কুন্তীনা হায়না

মচানুপা অমা পোকথোকখ্রে। অদুদা গান্ধারীনা শাস্তিরদুনা মবুক্তা খুদুম্না শুরম্মী। মদুগী ফল ওইনা মহাক্না শাদুম অমা পোকখি, অদুবু মহাক ব্যাসদেবগী ভক্তনিনা ব্যাসদেবগী পাউতাক মতুঙ ইন্না শাদূমদু শরুক চমা থোক্না খায়দোকখি; শরুক মচেং খুদিংমক্না মুপা ওইবা অঙাঙ অমমম ওইরকখি। অদুম্না মহাক্না মচানুপা চামগী মমা ওইজগে হায়না নীংজবদু থুংখি। অচৌ-অশাঙ ওইবী মাগী ফীভম মতুঙ ইন্না মচাশিংদু চাউরক্না লোকখি। কুরুক্ষেত্র লানগীদমক লৌতুনরকপা মতমদা মচাশিংনা পাণ্ডবশিংগা লাম্থেংনবা হায়বদু মহাক পান্নমদে। অদুগী মহুত্তা থওইনা মহাক্না ধৃতরাষ্ট্রবু মচীম্ননাও-হাংনবা লালদুগীদমক থীনা ভাঙখি। পাণ্ডবশিংগীনে মচাশিংগীনে অনী থোক্না রাজ্যদু খায়দোকপা মহাক পাওজখি। কুরুক্ষেত্রগী লান্দা মচানুপা লোইনমক শিখিকদুনা মথৱাই য়াম্না শোকখি। মহাক্না ভীমসেনগা যুধিষ্ঠিরগবু শাপ তৌগে তৌরম্মী, অদুবু ব্যাসদেবনা মহাকপু থামখি। দুর্যোধনগা দুঃশাসনগা শিবগীদমক ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী মাঙদা তেংথাখিবদু ফমা লুংশিনীংঙাইনি; ভগবান্ কৃষ্ণনা পারমার্থিক ওইবা ৱা তাক্তুনা মহাক্কী পূক্নিঙ ফারম্মী। কর্ণ শিবগীদমকসু গান্ধারী মচাশিং শিবগী লুংঙাইতবগুম লুংঙাইরমদে। মহাক্না কর্ণগী র্য্যানা তৌরম্বা বিলাপ অদু শ্রীকৃষ্ণদা তমখি। ব্যসদেবনা গান্ধারীদা শিখিবা মচাশিংনা স্বর্গদা কাবদু উহন্দুনা মাবু ব্যাসদেবনা থেম্জনখি। মহাক মপুরোইবগা লোয়নননা হিমালয়গী বন মমুঙদা গঙ্গাগী হৌরকফম অদুদা থৱাই থাগিন্নখি। মহাকপু মৈনা চাকখিবনি। মহারাজ যুধিষ্ঠিরনা মপাল ইথুংঙো অমসুং মপ্সান-ইবেম্মগী অন্ত্যেষ্টি-ক্রিয়া তৌখি।

পৃথা—মহারাজ শূরেসনগী মচানুপীনি অদুগা কৃষ্ণগী মপাবুং বসুদেবগী মচম্নি। তুংদা মাবু মহারাজ কুন্তীভোজনা পোষ্যপুত্রী ওইনা লৌখি, মতমদুদগী মহাক কুন্তী হায়না থঙনখি। স্বর্গলোকশিংগী লাইশিংনা কুন্তীভোজগী কোন্নুংদা হেক হেক লাকখি অদুগা মথোয়বু তরাম্না স্বাগত তৌবগী থবক্তি কুন্তীনা তৌখি। মহাক্না মহাযোগী দুর্বাসাবু সেবা তৌজখি; মহাক্না থৱাই য়াওনা তৌবা সেবাদুদা পেন্নদুনা দুর্বাসানা মঙোন্দা মন্ত্র অমা পীরম্মী; মন্ত্রদু শোন্নগা মহাক্না কৌনীংবা দেবতা অমবু হেক্তা কৌবা য়াই। মহাক্না মন্ত্রগী শক্তি চাং তেংনীং দগী, খুদক্তা মহাক্না সূর্য্যদেববু কৌখি। সূর্য্যদেব অমা লাক্লগা ফমদিন্নসি হায়খি, অদুবু কুন্তীনা য়াখিদে। কোন্থংদা সূর্য্যদেবনা মাগী কুমারী ওইবগী ফীভমদা করিমতা কায়গনোই হায়না থাজহন্নবদা মহাক্না সূর্য্যদেবগী ৱাদু য়াখি। ফম্দিন্নবসিগী মরম্না কুন্তী গর্ভবতী ওইখি অদুগা কর্ণবু পোকখি। সূর্য্যদেবগী কৃপানা মহাক অমূক কুমারী ওইখি, অদুবু অহল-লমূনবু কি দগী নৌনা পোক্লকপা অঙাঙ কর্ণ অদু মহাক্না লংথোকখি। অদুগী তুংদা মহাক্না অপাম্বা মপুরোইবা ওইগদবা মী থন্‌বা মতমদা পাণ্ডুবু মপুরে'ইবা ওইননবা খন্‌খি। কোন্থংদা মহারাজ পাণ্ডুনা গার্হস্থ্যধর্ম্ম থাদোত্তুনা সন্ন্যাসধর্ম্ম চংলগে হায়রম্মী। মপুরোইবনা অদুগুম্বা পুন্সি লেন্‌বদু কুন্তীনা য়ারমদে; অদুবু মতীকচাবা লাইশিং কৌরগা মচানুপা খরগী মমা ওইনবা হায়না কোন্থংদা মহারাজ পাণ্ডুনা কুন্তীদা য়াথং তাউথখি। পাণ্ডুনা হায়রম্বা ৱাদো অহান্‌বদা কুন্তীনা য়ারমদে। অদুবু পাণ্ডুনা মদুম্না মী অতৈনা তৌবগী খুদম কয়া পীখি, অদুদদা কুন্তীনা য়াখি। মতৌ অদুম্না, দুর্বাসা মুনিনা পীরম্বা মন্ত্রদুগী শক্তিনা মহাক্না ধর্ম্মরাজবু কৌখি অদুগা যুধিষ্ঠির পোকখি। মহাক্না বায়ু(নুংশীৎ) কৌনা লাইবু কৌখি অদুগা ভীম পোকখি। স্বর্গগী নিংথৌ ইন্দ্রবু কৌরগা অর্জুন পোকখি। মচানুপা অনী অমনা হায়বদি নকুলগা সহদেবগা অনীবুনা মাদ্রীগী গর্ভদা পাণ্ডু অশামক্না পোকখিবনি। মতুঙদা মহারাজ পাণ্ডুদো নহা ওইনা নোঙ্গাখি, অদুগা কুন্তী ৱামন্দুনা ৱাঙখি। কুন্তীগা মাদ্রীগা লোম্নবী অনীনা ৱারেপ্লখি—কুন্তীনা অপীকপা মচা মঙা চাউনবা য়োকপগীদমক লৈহৌবা অদুগা মাদ্রীনা মপুরোইবগা লোয়নননা শিন্নিদুনা সতীধর্ম্ম ঙাকখিবা। মথোয়নীনা হায়নদুনা য়ারিবসি সতশৃঙ্গনচিংবা মতমদুদা য়াওরম্বা মহির্ষিশিংনসু তৌফম থোকই হায়রম্মী।

মতুংদা দুর্য্যোধনখোয়না লৌতুনবদগী পাণ্ডবশিংবু বনবাসগীদমক রাজদগী তান্থোক্লস্বা মতমদা কুন্তীদেবীসু মচাশিংগী তুংইনখি অদুগা মতমদুগী অরাবা পুম্নমক মায়য়োকমিন্নরম্মী। বনবাসগী মতমদা হিড়িম্বা কৌবী হিংচাবী লৈশাবী অমনা ভীমবু মপুরোইবা ওইনা পান্নম্মী। ভীমনা য়াম্নমদে অদুবু মুপী মচাদুনা কুন্তীগা যুধিষ্ঠিরগদা হায়জরবদা মখোয়নিনা ভীমবু লৈশাবীনা হায়জবতু য়াবিনবা অদুগা মঙোন্দা মচাম্থুপা অমতংদি পীবিনবা য়াথং তাওখি। অনীসি লোন-লৈনবগী মহৈ ওইনা ঘটোৎকচ পোকখি অদুগা মগাক্লা মপাবুংগা লোয়নননা কৌররশিংগী মথক্তা থৌনা ফনা লাল থেংনখি। মখোয়গী বনবাস তৌরিঙৈগী মতমদা মখোয় ব্রাহ্মণ পরিবার অমগা লৈমিন্নখি; ব্রাহ্মণশিংদু বকাসুর কৌবা হিংচাবা অমগী মরমগীদমক অরাবা তারম্মী। কুন্তীনা ব্রাহ্মণশিংদুবু বকাসুরনা পীরম্বা অরাবশিংদুদগী কনবীনবা হায়দুনা ভীমদা বকাসুরবু হাৎনবা য়াথং তাওখরম্মী। কুন্তীনা যুধিষ্ঠিরদা পঞ্চালদেশ মাম্নকৈ পাংনবা হায়রম্মী। পঞ্চাল দেশসিদা অর্জ্জুন-না দ্রৌপদীবু ফংখি। অদুবু কুন্তীগী য়াথং মতুঙ ইন্না পাণ্ডব মচানিপাও মঙানা পাঞ্চালী হায়বদি দ্রৌপদীগী মপুরোইবা ওইখি। দ্রৌপদী পাণ্ডব মঙামক্তা লোয়নননা ব্যাসদেবগী মমাঙমক্তদা লুহোংখি। কুন্তীদেবী মচাম্থুপা অহল কর্ণবু থক কাউরমদে। কুরুক্ষেত্রগী লান্দা কর্ণনা শিরবদা মগানা য়াম্না তেংথাখি অদুগা মহারাজ পাণ্ডুগা মাগা লুহোংদ্রিঙৈগী মমাঙদা কর্ণবু মচাম্থুপা ইহন্-হুনবা ওইনা পোকপনি হায়রবসি মচা মঙাগী মফমদা য়াখি। কুরুক্ষেত্রগী লাল লোইরগা শ্রীকৃষ্ণনা দ্বারকাদা হনগদৌরবা মতমদা কুন্তীনা ভগবান্দা তৌখিবা স্তবশিংদু ফজনা ব্যাখ্যা তৌরি। মতুঙদা মহাক গান্ধারীগা লোয়নননা অকনবা তপ তৌননবা বন পাংখি। মহাক মুমীৎ কুন্থ্রানী কুন্থ্রানীগী মতুঙদা চাক চাখি। কোম্থংদা মহাক ধ্যান্দা লুপখি, অদুদগী লম্মৈনা চাক্কুনা উৎ ওইখি।

দ্রৌপদী— মহারাজ দ্রুপদগী সতী মকোক ওইবী মচানুপীনি অদুগা ইন্দ্রগী তালোই শচী-দেবীগী অংশবতারনি। মহারাজ দ্রুপদনা যজ্ঞ মুনিদা শিন্নদুনা যজ্ঞ অচৌবা অমা তৌখি। অহানবা হোম কৎপদনা ধৃষ্টদ্যুম্ন পোকখি অদুগা অনিশুবা হোম কৎপদনা দ্রৌপদী পোকখি। মরমদুনা মহাক ধৃষ্টদ্যুম্নগী মচন থোক্লে। মহাকপু পাঞ্চালী হায়নসু খঙনৈ। পঞ্চ পাণ্ডবনা মখোয় পুম্নমক্কী মুপী ওইনা লুহোংখি। মখোয় খুদিংমক্কী মচানুপা অমমম দ্রৌপদীদা পোকখি। মহারাজ যুধিষ্ঠিরনা প্রতিভিং কৌবা মচানুপা অমা, ভীমসেনগীনা সুতসোম্ম কৌবা মচানুপা অমা, অর্জ্জুনগীনা শ্রুতকীর্ত্তি, নকুলগীনা শতানীক, অদুগা সহদেবগীনা শ্রুতকর্ম্মা কৌবা মচানুপা পোক্লখি। দ্রৌপদীবু মনেম্বম্মা কুন্তীগা মান্নবা শক ফজবনিনা য়াম্না ফজবীলক্তা চল্লম্মী। মানা পোক্লকপা মতমদা মাবু কৃষ্ণা কৌগদবনি হায়দুনা আকাশবাণী লাউরকখি। আকাশবাণীদুদা অসিমসু হায়খি মহুদি মহাক ক্ষত্রিয় ময়াম হাৎননবগীদমক পোক্লকপনি। শঙ্করনা বর পীরকপনা চপ মান্নবা মতীক চাবা মপুরোইবা মঙা ফংখি। মাগী মপুরোইবদি স্বয়ংবর (মথন্তনা অপাম্বা খনবা) তৌগে হায়বদগী পৃথিবীগী দেশ পুম্নমক্কী নিংথৌশিং অমদি নিংথৌমচাশিংবু বার্ত্তোন তৌখি। মহাত্মা পাণ্ডবশিংগা লুহোংবদু মখোয়না বনবাস লৈরিঙৈদনি। মখোয়না য়ুমদা হল্লবা মতমদা মহারাজ দ্রুপদনা অউনপোৎ য়াম্না ত্তনখি। ধৃতরাষ্ট্রগী মচৌ মাশিংনা মহাকপু তরাম তরাম ওকখি। মহাকপু চৌরবগী পোম্বা ওইনা থাবদগী মাঙলবদা দুঃশাসন্না নমদুনা মহাকপু সভা ময়ায়দা চিংথোক্লগা ভীষ্ম অমদি দ্রোণগুম্বা মীতাশিং লৈন-লৈনমক মাগী ফি মুন্দুনা থোকহনগে তৌখি। দ্রৌপদীদি ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী ভক্ত অথোইবী অমনি, মহাত্মা স্তব তৌদুনা খুরুমজরকপনা শ্রীকৃষ্ণনা মহাকপু ঈকাইবদগী কণবিগে হায়রকপীদমক খম্বা নাইদবা ফিগা অমা কুপ্না মশামক্তা ওইখি। জটাসুর কৌবা হিংচাবা অমনা দ্রৌপদীবু হুরানদুনা পুথরবদা মাগী অনীশুবা মপুরোইবা ভীমসেননা জটাসুরবু হাৎলগা মাবু কনখি।

মহাক্না কৃষ্ণ-কৃপা ফংবদগী পাণ্ডবশিংবু দুর্বাসানা শাপ তৌগদৌবদগী কণখি। মাগী কজপ্রবা শক অদুনা কীচকপু শুমহৎখি। ভীমগা লৌতুনদুনা পাপী কীচকপু হাৎলগা মাবু কণখি। অশ্বত্থামানা মাগী মচানুপা মণ্ডাবু হাৎখিবদা মথবাই য়াম্না শোকখি। অরোইবা মতাঙদা মহাক যুধিষ্ঠিরনচিংবা অতৈগা লোয়নদুনা চৎপদা লমখাঙদা হাইথদুনা তুখি। মহাক্ন তুবগী মরমদু যুধিষ্ঠিরনা তাকখি, অদুবু যুধিষ্ঠিরনা স্বর্গ লোকদ চঙখিবদা স্বর্গদা লক্ষ্মীমুক লংনা কজনা দ্রৌপদীবু উবা ফংখি।

সুভদ্রা— বসুদেবগীনা মচানুপী অদুগা শ্রীকৃষ্ণগীনা মচনুপীনি। মহাক্কে বসুদেবগী য়াম্না মুংশিজবী মচানুপী ওইবদা নত্তনা শ্রীকৃষ্ণ অমসুং শ্রীবলদেব অনীমক্তী য়াম্না মুংশিজবী মচনি। মচীঙ্গনাও অদুমসিগী মূর্ত্তি পুরীগী জগন্নাথ মন্দিরদা লৈরিবদুনি। মন্দিরসিদা হৌজিকফাওবা তীর্থযাত্রী লীশিং লীশীঙনা মুমিং খুদিংগী দর্শন তৌরি। মন্দিরসি কুরুক্ষেত্রদা সূর্য্যগ্রহণ থোকপা মুমীৎ অমদা ভগবান্না খোংদাবিখিবদুনে অদুগা মতুঙদা ব্রজবাসীশিংগা ভগবান্গা উনখিবদু নোংশীংনবগীদমক লৈবা মন্দিরনি। মতাঙসিদা রাধাগা কৃষ্ণগা উনখিবদু বারীদি য়াম্না করুণ ওইবা বারীনি। ভগবান্ শ্রীচৈতন্যনা রাধা-ভাবতা আবেশ ওইবা মতমদা জগন্নাথ পুরীদা ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণবু খৌরাংনা কৌখি। অর্জুন্না দ্বারকাদা লৈবা মতমদা সুভদ্রাবু মাগী মহিৎী ওইহন্নীংখি অদুগা মাগী অপাম্বদু শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা ফোঙদোকখি। ময়াম্বুং বলদেবনা সুভদ্রাবু মফম অমদা পীগদৌবগী থৌরাংলম্বদু শ্রীকৃষ্ণনা খঙলম্মী, মরমদুনা মহাক্না বলদেবনা তৌরিবদু থিংবা ঙম্মদে। অদুমকপু অর্জুন্দা সুভদ্রাবু হুদুনা পুননবা তৌ হায়না তাকপিখি। মরমদুনা মখোয় লোইনমক পুল্লপ পুন্না রৈবত চীঙদা কোয়বা চৎপা মতমদা অর্জুন্না কৃষ্ণগী থৌরাং মতুঙ ইন্না সুভদ্রাবু হুদুনা পুননবা থৌরাংখি। শ্রীবলদেব অর্জুন-বু য়াম্না শাউখিবনা মাবু হাৎনিঙখি; অদুবু শ্রীকৃষ্ণনা ময়াম্বুংদা অর্জুনবু ঙাকপীয়ু হায়না তক্লম্মী। অদুদগী সুভদ্রা অজুনগা নীঙথিনা লুহোংখি অদুগা সুভদ্রানা অভিমন্যু পোকখি। অভিমন্যুনা মনুঙ মতম চাদনা শিখিবদা সুভদ্রাগী থবাই য়াম্না শোকখি। অদুবু পরীক্ষিৎ পোক্লকপদা মহাক মুংঙাইজরদুনা মবূক ফাখি।

### শ্লোক ৫

**প্রত্যুজ্জগ্মুঃ প্রহর্ষেণ প্রাণং তন্ব ইবাগতম্।**
**অভিসঙ্গম্য বিধিবৎ পরিষ্বঙ্গাভিবাদনৈঃ ॥ ৫ ॥**

### শব্দার্থ

প্রতি—(মাগী) মায়কৈরোমদা; উজ্জগ্মুঃ—চংখি; প্রহর্ষেন—য়াম্না হরাওনা; প্রাণম্—থবাই; তন্বঃ—হকচাঙগী, ইব—শুম্না; অগতম্—লাক্লবা; অভিসঙ্গম্য—মনাক চঙশল্লদুনা; বিধিবৎ—চৌনবা মওংদা; পরিষ্বঙ্গ—শাগোল্লবা; অভিবাদনৈঃ—খুরুম্নদুনা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

থবাইনা হকচাঙদা হল্লক্লকপগুম্ মখোয় পুম্নমক্না মাগী (বিদুরগী) নাক্তা য়াম্না হরাওনা চঙশল্লম্মী অদুগা লেঙ্গোল্লবও খুরুম্নবও তৌদুনা তরাম তরাম ওকখি।

### নৈনরোল

সংজ্ঞা মাঙলবা মতমদা হকচাঙগী কায়াংশিংসি লেঙ-খোঙে। অদুবু সংজ্ঞা লাক্লবা মতমদা হকচাঙগী কায়াং অমদি ইন্দ্রিয় পুম্নমক তেক-তেকথংলকই। অদুমদি লৈবদু মুঙাইবগুম তৌরকই।

কৌরবকী ইমুঙগী মীশিংনা বিদুরবু য়াম্না নুংশিরম্মী, অদুনা মহাক্না নিংথৌকোন্দগী মতম শাংনা চংথোক্লুবহু মখোয়গী সংজ্ঞা মাঙবগা পাংখক ওইখি। মখোয় লোইনমক বিদুরগা কায়নরম্বা অদুদা য়াম্না নুংঙাইরমদে, মরমদুনা মহাক্না কোন্নুংদা হল্লকপদো মখোয় লোইনমকী নুংঙাইবগী মরম ওইখি।

শ্লোক ৬

**মুমুচুঃ প্রেমবাষ্পৌঘং বিরহোৎকণ্ঠ্যকাতরাঃ।**
**রাজা তমর্হয়াঞ্চক্রে কৃতাসন পরিগ্রহম্॥ ৬ ॥**

শব্দার্থ

মুমুচুঃ—থোরকখি; প্রেম—নুংশিবগী ওইবা; বাষ্প-ওঘম্—পিরাং মতুম মতুম; বিরহ—কায়নবা; উৎকণ্ঠ্য—খোয়রাঙবা; কাতরা—বারম্বা; রাজা—নিংথৌনা; তম্—মহাকপু; অর্হয়াম্ চক্রে—পূজা তৌখি; কৃত—থারম্বা; আসন—ফিদা; পরিগ্রহম্—লৌবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কায়নবগী খোয়রাঙলম্বা মরম্না বারম্বা মখোয়শিংদুনা নুংশি-পিরাং শিম্বরম্মী। মহারাজ যুধিষ্ঠিরনা থারম্বা ফিদাদু বিদুরনা লৌরবদা বিদুরবু পূজা তৌখি।

শ্লোক ৭

**তং ভুক্তবন্তং বিশ্রান্তমাসীনং সুখমাসনে।**
**প্রশ্রয়াবনতো রাজা প্রাহ তেষাঞ্চ শৃণ্বতাম্ ॥ ৭ ॥**

শব্দার্থ

তম্—মহাকপু; ভুক্তবন্তম্—চাবা লোইরবা; বিশ্রান্তম্—পোথারম্বা; আসীনম্—ফম্লম্বা; সুখম্—নুংঙাইনা; আসনে—ফিদাদা; প্রশ্রয় অবনতঃ—মহৌশানা নো-নুকনবা; রাজা—নিংথৌনা; প্রাহ—হায়জখি; তেষাম্ চ—অদুগা মখোয়না; শৃণ্বতাম্—তারম্বা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

বিদুরনা লুক হাওনা খুল্লবা মতুঙদা বিশ্রাম ওল্লবা তৌরগা নুংঙাইনা ফমখি। অদুদগী নিংথৌনা মঙোন্দা বা হঙংলম্মী অদুগা মকমদুদা লৈরম্বা মীশিংদুনা নিংথৌগী বাদু তারম্মী।

নৈনরোল

মহারাজ যুধিষ্ঠিরদি মীবু তরাম তরাম ওকপা হৈরম্মী, করি হায়নি মাগী পরিবারগী মীবু তরাম্না ওকপা হৈরম্মী। কোন্নবও থুরুম্বও তৌদুনা বিদুরবু নিংথৌকোনগী মী পুম্নমক্না নীঙথিজনা ওকখি। অদুগী তুংদা স্নান তৌরগা চান-থক্লবা ফজনা থৌরাংলম্মী, অদুদগী বিশ্রাম চপচানা তৌহন্খি। বিশ্রাম তৌরবা মতুঙদা কম্বদা নুংঙাইগদবা আসন অমা থাখি। মদুদগী নিংথৌনা খোকখিবা থৌদোক পুম্নমক লৈরম্লিবা ময়ামদুম্ তানা বিদুরদা তম্বা হৌখি। মসিনি নুংশিরবা মরূপ অমবু করি হায়নি য়েরবা অমকাওববু স্বাগত তৌবগী চপচাবা মওংদি। ভারতকী নীতিশাস্ত্রগী

বা মতুঙ ইন্না য়ুমদা য়েন্নবা লাক্লবকাওবদা মাবু কন্না ফজন্না ওকহনগে হায়বদু য়েন্নবহুনা কিগদবা ফীভম অমত্তা লৈহন্নোইদৌবনি। য়েন্নবা মশেন্দি অমগা অমগা কিনরিবনি। অহনু য়েন্নবা অমবু স্বাগত তৌবা মতমদা অকিবা পোকহন্নোইদ্রোবনি। হায়রিবা বাফমসিনা অন্নিবদি কন্নাগুম্বা মী অমবু য়ুমদা স্বাগত তৌবা মতমদা মহাকপু মরীমত্তা অমগুম্না ব্যবহার তৌগদবনি, অহনদি কৌরব শাগেগী মী পূম্নমক্কী য়াইফনবা নীংবা বিতুরবু রাজা যুধিষ্ঠিরখোয়না স্বাগত তৌবগী মতাঙদদি করিবু হায়সিগে? মতৌ অমুম্না যুধিষ্ঠির মহারাজনা অতৈ মন্নামন্নী মমাঙদা বা ঙাঙবা হৌখি।

শ্লোক ৮

**যুধিষ্ঠির উবাচ**

**অপি স্মরথ নো যুষ্মৎপক্ষচ্ছায়াসমেধিতান্।**
**বিপদ্গণাদ্বিষাগ্ন্যাদের্মোচিতা যৎসমাতৃকাঃ ॥ ৮॥**

**শব্দার্থ**

যুধিষ্ঠিরঃ উবাচ—মহারাজ যুধিষ্ঠিরনা হায়রম্মী; অপি—বরা; স্মরথ—নহাক্না নিংশীংবা; নঃ—ঐখোয়বু; যুষ্মৎ—নঙোন্দগী; পক্ষ—উচেক্কী মাশানা তৌবগুম্না ঐখোয়দা চঙবা মীচং; ছায়া—মরুম; সমেধিতান্—য়োক্লকপা, বিপৎ-গণাৎ—অরাবা ময়ামদগী; বিষ—হু পীজবা; অগ্নি-আদেঃ—মৈ থাবনচিংবা; মোচিতাঃ—সাহ্নোরকখিবা; যৎ—নহাক্ন তৌখিবহু; সমাতৃকাঃ—ইমাগা লোয়নবা ঐখোয়।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহারাজ যুধিষ্ঠিরনা হায়খি—হে খুড়াতোন্, অরাবা ময়ামদগী ঐখোয়গী ইমাগা লোয়ননা ঐখে য়বু খুড়াতোন্না কন্‌বিখিবহু নীংশীংলিবরা? উচেক্কী মাশাগুম্না নহাক্না ঐখোয়গী মীচঙ চঙবহুনা হূদগী অমসুং মৈদগী ঐখোয়বু কণখিবনি।

**মৈনরোল**

পাণ্ডুনা ওন্না নোঙ্গাখিবনা মাগী মচা অপীকপশিং অহুগা লুপ্রাবী রাণীবু কৌরবকী অহলশিংনা থোইদোক হেন্দোক্না ভীষ্মগা মহাত্মা বিতুরগনা লুনা য়েংলম্মী। পাণ্ডবশিংগী ওইরম্বা রাজনিতিগী ফীভম্না বিতুরনা মখোয়গী মীচঙ চঙলম্মী। ধৃতরাষ্ট্রনা মহারাজ পাণ্ডুগী মচানুপাশিংবু লুনা তৌরম্নবসু পাণ্ডবশিংবু যুথৎলগা মাগী মচাশিংবু নিংথৌ ওইহন্নবগী লৌতুনবা মরক্তা য়াওরম্বা মী অমনি। মহাত্মা বিতুরনা ধৃতরাষ্ট্রখোয়না লৌতুনরম্বসি খঙলম্মী; মরমতুনা মহাক্না ময়াম্বুংহল ধৃতরাষ্ট্রবু থম্মোইশেংনা সেবা তৌরম্নবসু ময়াম্বুংনা মচানুপাশিংগীদমক্তা রাজনৈতিক আশা অমা তৌরম্বহু পাম্নমদে। অহুনা মহাক্না পাণ্ডবশিংগা মখোয়গী মমা লুপ্রাবীগম্বু কন্নবা য়াম্না চেকশন্‌খি। মতৌ অমুম্না, মহাক্না ধৃতরাষ্ট্রগী মচাশিংবুদি পাণ্ডবশিংবুনা হেন্না পাম্নম্বা মরম্না মখোয়গী মীচঙদা লৈখি; চুম্ন চুম্নগীদি কৌরব পাণ্ডব অনীমকপু চপমান্নবা মুংশিবা মীৎয়েংদা য়েংলম্মী। পক্ষ অনীমকপু চপ মান্নবা মুংশিরম্মী হায়বগী অর্থদি দুর্যোধন্না পাণ্ডবশিংগী মথক্তা লৌতুনরম্বহুগী দুর্যোধনবু মহাক্না তক্তনা চৈখি। ময়াম্বুংনা মচাশিংবু শৌগৎপগীদমক বিতুরনা ময়াম্বুংবু তক্তনা ঙাঙখি, অহুগা ঙাঙনা ঙাঙনা পাণ্ডবশিংবু কন্নবগী মীৎ-না শিংনা থনম্মী। নিংথৌকোন্‌গী রাজনীতি থবক্তা বিতুরগী থবক কয়ামরুমহুনা মহাক পাণ্ডবশিংগী ওইনা লৈবনি হায়বহু খ্বাইনা খঙনরম্মী। বিতুরনা য়ুম থাদোক্লুনা মতম কুইনা তীর্থযাত্রা তৌত্রিঙৈগী মমাঙদা থোকখিবা ইতিহাসগী বাহু মহারাজ যুধিষ্ঠিরনা পুখোরক্লম্বনি। চাউরবা বংশ অমগী মাঙ-

তাককম ওইরবা কুরুক্ষেত্র লালগী মতুংদকাওবা বিদুরনা লাম্লাংদা তৌথিবা মতৌগুম্না মাগী ময়াম্বগী অহল-ওইখৎলক্লবা মচাশিংবু থৌজানবিথি অদুগা মখোয়গী মীচঙ চঙবিথি হায়বদু যুধিষ্ঠিরনা মঙোন্দা নীংশীংলম্মী।

কুরুক্ষেত্রগী লালগী মমাংদা ধৃতরাষ্ট্রগী নীতিদি পাণ্ডবশিংবু শান্তিপূর্ণ ওইনা লোইশন্‌বা অসিনি। মরমদুনা মহাক্না বারণাবতদা য়ুম অমা শাক্লনবা পুরোচন-দা য়াথং পীখি; য়ুম শারবা মতুংদা মনাও-মুপাশিং মমামচাশিংদু মতম থরগীদমক য়ুমদুদা লৈহন্দোংখি। রাজবংশগী ময়ামগী মমাংদা পাণ্ডবশিংনা য়ুম হোৎগদবগী চৎলমদাইদা বিদুরনা মখোয়দা ধৃতরাষ্ট্রনা তৌরকদবা তুংগী থৌরাংগী মরমদা য়ারা হৈশিংনা পাওতাক পীরম্মী। রাকমসি মহাভারত-তা শুপায়না য়াওরি (আদিপর্ব ১১৪) মহাক্না ইঙ্গিতনা তাক্লম্মী—"ইস্পাতকী নত্রগা কহিতনবা থাতুগী নত্তবা থুংলাইদি য়েক্লবা অমবু হাৎনবা তৌবদা থোইনা হেক্লা থৌবনি, রাসি খণ্ডবা মীদুবু কদৌঙেদন্তু কনামতনা হাৎপা য়ারোই।" মসি ইঙ্গিত তৌদুনা তাক্লিবদি পাণ্ডব কাণ্ডবুবু বারণাবতম্দা থারিবদু পাণ্ডবশিং হাৎনবা মরমগীদমক থাবনি হায়বসিনি। মতৌ অমুম্না মখোয়গী অনৌবা কোম্নুংদুদা চেকশন্না লৈননবা যুধিষ্ঠিরদা চেকশনহন্‌-থিবনি। মহাক্না মৈগীদু ইঙ্গিত তৌখি, মৈনা আত্মাবু মুৎহন্‌বা ঙমদে অদুগা প্রাকৃত দেহসিবুদি চাকথেকপা ঙম্মী হায়বসিনু মানা হায়খি। অদুগা আত্মাবু রক্না তৌবা ঙম্বা মীদুদি হিংগনি। বিদুরগা যুধিষ্ঠিরগা অনিনা ইঙ্গিৎনা ঙাঙনরম্বা রাদুগী মরোল অমতা কুন্তীদি খঙলমদে। মরমদুনা মখোয়না ঙাঙনরিবা রারোল অদুগী মরমদা কুন্তীনা হংলম্বা মতমদা যুধিষ্ঠিরনা খুম্‌খি—বিদুরনা ঙাঙলিবা রাঙাও-সিনা তাকপদি মখোয়না লৈরুগদৌরিবা য়ুমসিদা মৈ লৈরে হায়বনি। তুংদা বিদুরনা শক্‌ লোৎলগা পাণ্ডবশিংগী নাক্তা লাকখি, অদুগা কৃষ্ণা চতুর্দশীগী অহিংদা য়ুমশঙবা মীনা য়ুমসিদা মৈ চুগদৌরি হায়বা পাওসি পীরম্মী। পাণ্ডবশিংনা মমাগা লোয়ননা পুক্লপ শিক্না য়ানবা ধৃতরাষ্ট্রগী থৌরাঙনি। বিদুরনা মাঙজোননা তাক্লম্বা মরম্না পাণ্ডবশিংদু সুরুং অমদা ফাওনা চেন্‌খি মখোয়না চেনখিবদু ধৃতরাষ্ট্রনা খঙখিদে। খঙখিদবা হায়ববু য়ুম মৈ থাবা মতুংদা কৌরবশিংনা পাণ্ডবশিংদো শোয়দনা শিগ্রবনি হায়না লৌরগা মখোয় শিবগী অন্ত্যেষ্টি ক্রিয়াদু য়াম্না মমায় মকা লাম্না তৌখি। শিবগী দশাহ মনুংদা কোম্নুংগী মী পূম্নমক্না তেংথাখি, অদুবু বিদুরদি তেংথাখিদে মরমদি পাণ্ডবশিংদু হিংদুনা মকম অমদা লৈরমখিনি হায়বদু মহাক্তি খঙলম্মী। অসিগুম্বা থুদোংথীবা কয়ামা থোকখি, অদুবু হৌজ থুদিংদা বিদুরনা পাণ্ডবশিংবু কণখি অদুগা অমরোমদদু পাণ্ডব-হাৎনবা থৌরাংশিংদু তোক্লনবা ময়াম্বুং ধৃতরাষ্ট্রবু থাম্নবসু মতৌখি। মরমসিনা; মহাক উচেক্না মাশা থল্লগা মক্কম ঙাকশেনবদো-া মতম পূম্নমক্তা পাণ্ডবকী মীচঙদা লৈখি।

শ্লোক ৯

কয়া বৃত্ত্যা বর্ত্তিতং বশ্চরদ্ভিঃ ক্ষিতিমণ্ডলম্।
তীর্থানি ক্ষেত্রমুখ্যানি সেবিতানীহ ভূতলে ॥ ৯॥

শব্দার্থ

কয়া—করিনা; বৃত্ত্যা—উপায়না; বর্ত্তিতম্—হিংখিবা; বঃ—নখোয়না (নহাক্না); চরদ্ভিঃ—কোয়চৎ চৎপনা; ক্ষিতিমণ্ডলম্—পৃথিবীসিদা; তীর্থানি—তীর্থশিং (লাইফমশিং); ক্ষেত্রমুখ্যানি—লাইফম মকোক ওইবাশিং; সেবিতানি—সেবা তৌরবা; ইহ ভূতলে—পৃথিবী অসিদা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

পৃথিবীসিদা কোয়না চৎপা মতমদা করি উপায় তৌদুনা হিংনবা জীবিকা কংখিবগে ? পৃথিবী-সিদা লৈবা করি করি তীর্থ অদুগা করম করম্না ক্ষেত্র মকোক সেবা তৌবিরকপগে ?

নৈনরোল

বিদুরনা য়ুমগী থৌরম পুম্নমক্তা থোইদোক হেন্দোক্লা রাজনীতিগী লৌতুনবগা মরী লৈনদবা হায়রদুনা কোন্নুং থাদোকুনা চৎখিবনি। অসিগী মমাঙদা মতাঙ অমদা পন্থ্রবদুনি, দুর্য্যোধনা মহাকপু শূদ্রানীগী মচানি হায়না চৈদুনা চাননা ঈকায়বা পীপ্রবনি। মদুনা মবেম্মো অমগী মরমদা মচোঙপাক নাইদনা ঙাঙবা হৌনদবনি। বিদুরগী মমাদো শূদ্রানি ওইরবসু মহাক দুর্য্যোধনগী মবেন্বোক্নি। করিগুম্বা মতমদা মশু-মবেন হায়বসিদি কাগিজুগায়সু মতৌনৈ, অদুবু দুর্য্যোধনগী রাহুদি অওইবা রানিনা বিদুরগী মফমদা হাউখিব্রবা রানি; মরমদুনা মাবুদা ঈকায়বা পীরগে তৌখিবনি। মরমদুনা বিদুরনা মপা মপুগী য়ুম থাদোক্লগা লম্বোইথ্রগে হায়না শেমশাখি। অসিগুম্বা শেম শাবগী মতাঙবু বানপ্রস্থ কৌই হায়বদি পৃথিবীদা লৈরিবা তীর্থশিংদা কোয়না চৎনবা য়ুম্বান্বদগী পোত্থারবা পুন্সিদুনি। বৃন্দাবন হরিদ্বার, জগন্নাথ পুরী, প্রয়াগনচিংবা ভারতকী তীর্থশিংদা মহাভক্ত য়াম্না লৈ, অদুগা পরমার্থগী লম্বীদা চাউখৎনীংলবা মীশিংগী দান চাননবা ছত্র কয়ামা লৈ। মহারাজ যুধিষ্ঠিরনা বিদুরদো ছত্র-শিংগী মতেঙনা হিংলকপরা নত্তরা হায়বদু খঙনীংখি।

শ্লোক ১০

ভবদ্বিধা ভাগবতাস্তীর্থভূতাঃ স্বয়ংবিভো।
তীর্থীকুর্ব্বন্তি তীর্থানি স্বান্তঃস্থেন গদাভৃতা ॥ ১০ ॥

শব্দার্থ

ভবৎ—নহাক; বিধা—কুম্বাঃ ভাগবতাঃ—ভক্তশিং; তীর্থ—লাইফম; ভূতাঃ—ওল্লবা; স্বয়ং—মশামক্লা; বিভো—হে শক্তি-চেন্বা; তীর্থী-কুর্ব্বন্তি—তীর্থ ওইহল্লী; তীর্থানি—লাইফমশিং; স্ব-অন্তঃস্থেন—থম্মোইগী মনুংদা লৈবা; গদাভৃতা—গদা পায়বা শ্রীকৃষ্ণনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে প্রভু, নগাকুম্বা ভক্তশিংদি মশামক্লা তীর্থ ওল্লবনি। নখোয়না থম্মোইমনুংদা ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণবু পুবনিনা মফম পুম্নমকপু তীর্থ ওইহল্লী।

নৈনরোল

ভাইবং-মালং পুম্বদা বিজুলি-শক্তি লৈবগুম্না পরমেশ্বর ভগবানসু মাগী মথল-মথাগী শক্তিনা মফম পুম্নমক্তা লৈ। মতৌ অদুগুম্, বিজুলিবু বিজুলিগী বল্ব্‌ অমদা উৎপগুম্না ভগবান্না মফম পুম্বদা লৈ হায়-বসি বিদুরগুম্বা ভক্তশিংনা অনুভব তৌরগা (খঙলগা) ফোঙদোকই। বিদুরগুম্বা শুদ্ধভক্তদি মতমপুম্বদা ভগবান্না মফমপুম্বদা লৈ হায়বসি অনুভব তৌই। মহাক্না ভগবান্গী শক্তি-মনুংদা পোৎ খুদিংবু অদুগা পোৎ খুদিংগী মনুংদা ভগবান্বু উই। পৃথিবীদা লৈরিবা তীর্থশিংসে মীওইবগী অমোৎপা জ্ঞানবু ভগবান্গী বিশুদ্ধ ভক্তশিংগী খুবা-উফুম্না শেংদোক্লবগীদমক্নি। কনাগুম্বনা তীর্থদা চৎলবদি তীর্থশিংদুদা

লৈরিবা শুদ্ধভক্তশিংবু থিহুন' থেংনগদবনি, মখোয়দগী পাওতাক তাগদ নি, পাওতাকশিংছু পুক্তিদা পুশন্দুনা চৎনবা হোৎনগদবনি, অদুগা মতুম তৌহুনা অরোয়বদা অরানখুভম ফংনবা হায়বদি ভগবান্গী নাক্তা য়োঁবা শুমনবা অমুম অমুম শেম-শাগৎকদবনি। তীর্থদা চৎপা হায়বসি গঙ্গাদা নত্রগা যমুনাদা স্নান তৌরগা নত্রগা তীর্থদা মন্দিরশিংছু দর্শন তৌরগা ভাক লোইবা নত্তে। ভগবানবু সেব তৌবা নত্তনা অতৈ অপাম্বা অমা লৈত্রবা বিদুরগুম্বা ভক্ত লৈবরা হায়বদু থেংননবা থিগদ নি। অসিগুম্বা ভক্তশিংগা মতম পুম্বদা ভগবান্দি লোয়নদুনা লৈ, মরমদি মখোয়গী মক্ত বা সেবাদুদা কর্মীশিংগী জ্ঞানি-শিংগী মচু মচেৎ অমফাওবা মমি ভাদে। মখোয়দি শ্রবণ-কীর্ত্তন হায়বদু তৌদুনা ভগবান্গী সেবাতদা লুপ্তুনা লৈবনি। শুদ্ধ ভক্তশিংদি মহাজনশিংদগী শ্রবণ তৌরগ কীর্ত্তন তৌয়ি অদুগা মখোয়না ভগবান্গী লীলাগুণ শক শোল্লী অমসুং ইশল্লী। মহামুনি ব্যাসদেবনা নারদমুনিদগী শ্রবণ তৌই অদুদগী মহাত্মা লাইরীক ইরগা কীর্ত্তন তৌই শুকদেব গোস্বামীনা মপাবুংদগী তমখি অদুগা পরীক্ষিৎকী মফমদা বর্ণনা তৌখি। মদুম্না শ্রীমদ্ভাগবতম্ শ্রবণ-কীর্ত্তন তৌখিবনি। মরমসিনা ভগবান্গী শুদ্ধ ভক্তশিংগী থবকশিংনা মফম অমবু তীর্থ ওইহনবা ঙম্মী; তীর্থশিংসু ভক্তশিংদুগী মরমগীদমক তীর্থ কৌবা য়ারিবনি। অসিগুম্বা ভক্তশিংনা মফম অমা হেক্তগী অমোংপদু শেংদোকপা ঙম্মী। তীর্থগী মমিংদা তোংদুনা মশা মশাগী শেন্দান্-পুক্তি লেন্নবা হোৎনরিবা মীতাশিংনা তৌবা থবক্লা তীর্থবু মাংথোকপগী রাদি করিমুক হায়গনি?

## শ্লোক ১১

**অপি নঃ সুহৃদস্তাত বান্ধবাঃ কৃষ্ণদেবতাঃ।**
**দৃষ্টাঃ শ্রুতা বা যদবঃ স্বপুর্য্যাং সুখমাসতে ॥ ১১ ॥**

### শব্দার্থ

অপি—বরা; নঃ—ঐখোয়গী; সুহৃদঃ—য়াইফবা-খল্লিব'; তাত—হে খুড়াইবুংঙো; বান্ধবাঃ—মরূপশিং; কৃষ্ণদেবতাঃ—শ্রীকৃষ্ণগী সেবাদা লুপ্লবা ভক্তশিং; দৃষ্টাঃ—মখোয়বু উরগা; শ্রুতাঃ—মখোয়গী রা নাকোঙনা তারগা; বা—নত্রগা; যদবঃ যদু শাগৈমা; স্বপুর্য্যাম্—মখোয়গী পুরীগা লোয়ননা; সুখম্—মুংঙাইনা; আসতে—লৈ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে খুড়াইবুংঙো', নহাক দ্বারকা দর্শন তৌরক্লিনি। পুরীদা ঐখোয়গী য়াইফনবা খনবিবা অদুগা মরুপ ওইবা যদুশাগৈগী মীশিংছু মতম পুম্বদা শ্রীকৃষ্ণগী সেবাদা লুপ্লনি। নহাক মখোয়বু উরক্লমগনি নত্রগা মখোয়গী মরমদা ই-পাও তারমনি। মখোয়শিংদো মশা মশাগী য়ুমদা মুংঙাইনা লৈরিবরা?

### নৈনরোল

'কৃষ্ণ-দেবতাঃ' হায়বা শব্দসি, হায়বদি ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী সেবাদা মতম পুম্বা লুপতুনা লৈরিবা মখোয় হায়বসি য়েংশনগদবা রাহৈ অমনি ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী অমসুং মহাকী দিব্য-লীলাশিংগী রাখন্দা লুপ্লিবা যাদবশিং অদুগা পাণ্ডবশিংদি বিদুরগুম্বা ভগবদ্ভক্ত ভাক্তনি! বিদুরনা ভগবান্গী সেবাদা মশাবু পুক্তকৎ কৎথোক্লগে হায়না য়ুম থাদোকখিবনি; অদুবু পাণ্ডবশিংগা যাদবশিংগনা মতম পুম্নমক্তা ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী রাখন্দা লুপ্লম্মী। মতৌ অসুম্না মখোয়গী শুদ্ধ-ভক্তিগী চাংদা করিমতা থেন্নদে। য়ুমদবু লৈরবসু নত্রগা য়ুম থাদোক্লবসু শুদ্ধ-ভক্তগী অওইবা গুণ হায়বদুদি

কৃষ্ণগী বাখল্দা লুপ্পা হায়দুনি, তৌবদি শ্রীকৃষ্ণন্ পরমেশ্বর ভগবান অদ্বয়তত্ত্ব হায়না লৌগদবা খল্লগদবনি। অসুম্না খনবসু 'অনুকূল' হায়বদি ওইশন্না খনবা কৌই। কংস, জরাসন্ধ, শিশুপাল অদুগুম্বা মখোয়গুম্বা রাক্ষসশিংনা ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী বাখল্দা লুপথি, অদুবু মখোয়না লুপ্পখদি মওং অমদনি, হায়বদি অনুকূল ওইনা লুপ্পমদে, হায়বদি মহাকপু শত্রু-লৈবা মীচম অমা ওইবা খল্লগা লুপ্লম্মী। মরম-সিন্না কংসখোয় শিশুপালখোয়দো বিদুর, পাণ্ডবশিং অমদি যাদবশিংগুম্বা শুদ্ধ ভক্তশা চপ মান্নবদি নৎলমদে।

মহারাজ যুধিষ্ঠিরদুসু শ্রীকৃষ্ণগী অমসুং মহাক্কী দ্বারকাপুরগী পরিকরশিংগী বাখল্দা মতম পুম্বা লুপ্লম্মী। নত্রগদি মহাক্না মখোয়গী মরমদা বিদুরদা হংলম্বদু তৌরম্লোইদৌবনি। মরমদিনা মহারাজ যুধিষ্ঠিরদো পৃথিবী শাসনগী থবক্তা বাই চিল্লমবসু মহাক বিদুরগী ভক্তিগী থাক্তা লৈরম্মী।

শ্লোক ১২

**ইত্যুক্তো ধর্ম্মরাজেন সর্ব্বং তৎ সমবর্ণয়ৎ।**
**যথানুভূতং ক্রমশো বিনা যদুকুলক্ষয়ম্॥ ১২॥**

শব্দার্থ

ইতি—অসুম্না; উক্তঃ—হংলবদা; ধর্ম্মরাজেন—যুধিষ্ঠির নিংথৌনা; সর্ব্বম্—পুম্নমক; তৎ—মদু; সমবর্ণয়ৎ—চপচানা হায়রম্মী; যথা-অনুভূতম্—মহাক্না থওলকপা অদুগ্না; ক্রমশঃ—মথঙ মথঙ; বিনা—নত্তনা; যদু-কুল-ক্ষয়ম্—যদু শাগৈ তুমখিবগী বা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

যুধিষ্ঠির মহারাজনা অসুম্না হংলবদা মহাত্মা বিদুরনা যদু শাগৈ তুমখিবগী বা নত্তনা মহাক্না উরক থওলকপা পুম্নমক অদু মথঙ মথঙ লীথরম্মী।

শ্লোক ১৩

**নম্বপ্রিয়ং দুর্বিষহং নৃণাং স্বয়মুপস্থিতম্।**
**নাবেদয়ৎ সকরুণো দুঃখিতান্ দ্রষ্টুমক্ষমঃ॥ ১৩॥**

শব্দার্থ

ননু—অওইবা; অপ্রিয়ম্—পামদবা; দুর্বিষহম্—থাওঙমদ্রবা; নৃনাম্—মীওইবশিংগী; স্বয়ম্—মথন্তা; উপস্থিতম্—লাকচবা, থোকচবা; ন-আবেদয়ৎ—হায়রমদে; সকরুণঃ—মীনুংশি-থওবা; দুঃখিতান্—বানরবশিংবু; দ্রষ্টুম্—য়েংবা; অক্ষমঃ—ঙমদবা মা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মীনুংশি থওবা মহাত্মা বিদুরনা পাণ্ডবশিংনা বাগদবদু করিগুম্বা মতমদা য়েংবা ঙম্মদে। মরমদুনা মহাক্না পাম্লোইদৌবা অমসুং থাওবদা বাগদবা থৌদোকসি ফোঙদোক্লমদে, মরমদি অবাবা খুদোংথিবা হায়বসিদি মথন-মথন্তা অদুম লাকচবনি।

নৈনরোল

নীতিশাস্ত্রগী মতুং ইন্না, পাম্নোইদোবা অদুগা খাঙঙম্মোইদোবা অওইবা রাদু অতৈদা অরাবা পীগদোবা মরম্না খক হায়দোকখদে। অরাবা দশাদি মশা মথন্তা অদুম লাকচবনি, মসি প্রকৃতিগী লীচংনি; অদুনা দশাদুবু প্রচার তৌদুনা হেক্কংহন্‌বা হৌনদে। মীমুংশি-খঙবা বিদুরগুম্বা মীগীদমক্তি, থোইদোক হেন্দোক্না মানা মুংশিজবা পাণ্ডবশিংগা লোয়নবদা মদু শাগে তুমখিবগী রাদুগুম্বা পাও মচেং মুংঙাইরোইদোবদো ফোঙদোকপদি ওইথোক্লমদবগুম্নে। মরমসিনা মহাক্না পাওদু হায়ররোই হায়না তম্‌খিদে।

শ্লোক ১৪

**কঞ্চিৎ কালমথাবাৎসীৎ সৎ কৃতো দেববৎসুখম্।**
**ভ্রাতুর্জ্যেষ্ঠস্য শ্রেয়স্কৃৎ সর্ব্বেষাং সুখমাবহন্ ॥১৪॥**

শব্দার্থ

কঞ্চিৎ—মুমীৎ খরগীদমক; কালম্—মতম; অথ—মতৌ অসুম্না; অবাৎসীৎ—লৈরম্মী; সৎ-কৃতঃ—নীঙথিনা তৌবিবা ওইরবা; দেববৎ—লাইগুম্না; সুখম্—মুংঙাইনা; ভ্রাতুঃ—ময়াম্বগী; জ্যেষ্ঠস্য—অহন্‌গী; শ্রেয়স্কৃৎ—ফনবা তৌবা; সর্ব্বেষাম্—পুম্নমক্কী; সুখম্—মুংঙাইবা; আবহন্—পোকহন্দুনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতৌ অসুম্না মহাত্মা বিদুরদু, মাগী মরীমতাশিংনা দেব অমদা তৌবগুম লুনা তৌবীবা অমা ওইরদুনা, ময়াম্বুংহলগী পূবচেন্দ্ৰ চুমথোক্লগা মদুনা মী অতৈ পুম্নমক্তা মুংঙাইবা পোকহল্লগা লৈগে হায়দুনা মতম খরদং মফমদুদা লৈখি।

নৈনরোল

বিদুরগুম্বা সাধু ওইবা মীবু স্বর্গদগী কুম্নকপা দেবদা তৌবা সংকারদু তৌগদবনি। মতম অদুবাইদদি স্বর্গলোকশিংদা লৈবা দেবতাশিংনা মহারাজ যুধিষ্ঠিরথোয়গী য়ুমগুম্বদা থোঙদাবিরে, অদুগা করিগুম্বা মতমদা অর্জুনগুম্বা মীতানা অরাঙবদা লৈবা লোকশিংদা চৎনরম্মী। আকাশচারী নারদ মুনিনা প্রাকৃত ব্রহ্মাণ্ডগী মনুংদা অদুগা বৈকুণ্ঠলোকশিংদসু চৎপা ঙম্মী। নারদ মুনি ফাওবনা মহারাজ যুধিষ্ঠিরগী শংগায়দা থোঙদাবিরকয়ি, অদুনা অতৈ স্বর্গবাসী দেবতাশিংগী রাদি করিবু হায়সিগে? মী মীদুগী আধ্যাত্মিক কৃষ্টিনা মথোয়গী হৌজিক লৈরিবা দেহদা লোক অমদগী লোক অমদা কোয়না চৎপা ঙমহল্লী। মরমদুনা মহারাজ যুধিষ্ঠিরনা বিদুরবু দেবতাশিংবু তরায়া ওকপগুম

মহাত্মা বিদুরদি পুন্সিগী সন্ন্যাস আশ্রম অদু লৌরম্নবনিনা মহাক্না মপা-মপুগী ফোম্নংদা লাক্লম্বদি সংসারগী মুংঙাইবা ভোগ তৌনবগী নংলমদে। মহারাজ যুধিষ্ঠিরনা রঙোন্দা কংলম্বা সৎকার অদু মহাক্না কৃপা-ত্রৌরিদুনা লৌবিরম্বনি, অদুগা মহাক্না ফোম্নংদা লৈরম্বগী মরমদি সংসারদা হরুচিন্না আসক্ত ওইরবা ময়াম্বুং ধৃতরাষ্ট্রবু উদ্ধার তৌগে হায়বগীদমক্নি। ধৃতরাষ্ট্রদু মহারাজ যুধিষ্ঠিরগা লাম্বেংনখিবা মচাশিংদু মকৈবাকপ্ত লোইনা মাঙহনবনি; অদুমক্তদা, মহাক প্রতি লৈত্রে হায়বগী রাখন্দা মহাক্না মহারাজ যুধিষ্ঠিরনগী দান অমসুং আতিথ্য লৌবদা ঙাকাস্নরমদে। মহারাজ যুধিষ্ঠিরগীবুদি, মপাল্লবু য়োকপা-থাকপা হায়রবদু মঙীক-চাকা মওংদা তৌরম থোকপগী তৌরম্বনি, অদুবু অসিগুম্বা পুরুচেন

চাওরবা মীগী আতিথ্য ধৃতরাষ্ট্রনা লৌরম্বদো বিদুরনা করিমত্তা তৌহন্নীংলমদে। ধৃতরাষ্ট্রনা লৌরম্বনা মহাক গত্তি-লৈত্রবনি হায়না খন্বদগীনি। বিদুরনা লাক্লম্বগী থোইদোকপা মরমদি ধৃতরাষ্ট্রবু জ্ঞান তাহন্গে হায়বগী অদুগা মহাকপু আত্মজ্ঞানগী অৱাওবা মফমদুদা কাহন্গে হায়বগীদমক্তনি। পারমার্থিক জ্ঞান লৈরবা মীশিংগী মথৌদি সংসার-কোমদা পুথরবশিংবু লৌখৎপীবা হায়বসিনি; বিদুরনা লাকপসু মরম-দুগীদমক্নি। পারমার্থিক জ্ঞানগী মরমদা ঙাঙবা রাদি কয়ামূক মুংঙাইবগে হায়ববু, ধৃতরাষ্ট্রদা পাউতাক পীরিঙৈদা বিদুরনা মখোয়গী বংশগী মী পুম্নমক্কী পুক্নীং চিংশন্খি, অদুনা মখোয় লোইনমক্না মহাক্কী পাউতাক্ত পুক্নীং লৈতানা শ্রবণ তৌবদা মুংঙাইজরম্মী। মসুম তৌদুনা আত্মা-উপলব্ধি তৌগদবনি। তত্ত্বকথাদু পুক্নীং চঙনা তাকম থোকই, অদুগা করিগুম্বা আত্মানুভূতি ফংলবা মী অমনা ঙাঙবা ওইরগদি বদ্ধ-জীবগী তুম্বদৌনা পঙথরবা থম্মোইদা মীৎকপ, থোকহন্বা ঙমগনি। তত্ত্বনা শ্রবণ তৌরবদি শ্রোতাদুনা আত্মা-উপলব্ধিগী অয়ৌবী থাক য়ৌবা ঙমগনি।

### শ্লোক ১৫

**অবিভ্রদর্য্যমা দণ্ডং যথাবদঘকারিষু।**
**যাবদ্দধার শূদ্রত্বং শাপাদ্বর্ষশতং যমঃ ॥ ১৫ ॥**

### শব্দার্থ

অবিভ্রৎ—পায়রম্মী; অর্য্যমা—অর্য্যমানা (সূর্য্যনা), দণ্ডং—চৈরাক; যথাবৎ—মুৎ চাগদবা মতৌদা; অঘকারিষু—পাপ-তৌবা মীশিংদা; যাবৎ—মতম অদুগী মখেয়; দধার—লৌরম্মী; শূদ্রত্বম্—শূদ্রওইবা; শাপৎ—শিরাপ্তগী; বর্ষশতং—চহী চানা; যমঃ—যমরাজ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মণ্ডুক মুনিগী শিরাপ্তগী বিদুরনা শূদ্র ওইনা লৈরিবমখৈ অর্য্যমানা পাপ-তৌবা মীতাশিংবু দণ্ড পীননবা হায়দুনা যমরাজগী মহুত্তা মাগী ফম অদু পায়রম্মী।

### নৈনরোল

বিদুরদো শূদ্রানীগী গর্ভদা পোক্লম্বনিনা ময়াবুং ধৃতরাষ্ট্র অমদি পাণ্ডুখোয়গা লোইনা নিংথৌগী স্বত্ব ফংবা ফাওবা য়াৱমদে। অদুদি করম্না ধৃতরাষ্ট্র অমদি যুধিষ্ঠিখোয়গুম্বা লাইরীক-হৈবা ক্ষত্রিয়শিংবু তাকপিনবা প্রচারক অমগী মফম পায়বা ঙম্লিবনো ? মসিগী অহান্বা পাউখুমদি অসিনি মদুদি—মহাক মপোক্কী হায়রুরগদি শূদ্রনি হায়বসি লৌবা তারবসু মৈত্রেয় ঋষিনা মঙোন্দা পারমার্থিক জ্ঞান পীগে হায়দুনা ময়াথং মতুঙ ইম্না বিদুরনা সন্ন্যাস আশ্রম লৌরম্লবা মরম্না অমসুং মৈত্রেয় মুনিনা মপূঙ ফানা মঙোন্দা শিক্ষা পীবিরক্লবা মরম্না মহাক আচার্য্য অমা ওইবদা মতীক চায়রে। শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুগী মতুঙ ইম্না, পরমার্থ-তত্ত্ব হায়বদি ভগবৎতত্ত্ব খঙলবা মীনা ব্রাহ্মণ ওইগে ওইসনু শূদ্র ওইগে ওইসনু; গৃহস্থ ওইগে ওইসনু নত্রগা সন্ন্যাসী ওইগে ওইসনু মহাক অদো দীক্ষাগুরু ওইবা য়ারে। ( মহান্ রাজনীতিজ্ঞ অদুগা নীতিশাস্ত্রবিৎ চাণক্য পণ্ডিতনা লেংলম্বা) নীতিশাস্ত্রদা ফাওবা হায়রি—মপোক্তি শূদ্রদগীসু হেম্না তোল্লবা মীদগীসু শিক্ষা ফংবদা করিমত্তা মহাম তাদে। মসিনা পাউখুমগী শরুক অমনি। অতোপ্পা শরুক্না অসিনি মদুদি—বিদুর তশেংনমক শূদ্র নৎলমদে। মণ্ডুক মুনিনা শাপ তৌবদগী মহাক চহি চামথক্তং শূদ্র ওইরে হায়বা শারম্বদনি। মহাক যমরাজগী অবতারনি, যমরাজদি ব্রহ্মা, নারদ, শিব, কপিল, ভীষ্ম, প্রহ্লাদ-নচিংবা মহাজন

তরানিথোইগী মরক্তা অমনি। নারদ ব্রহ্মানচিংবা মহাজন অতৈনা তৌবগুম্না জগৎকী মীয়ামদা ভক্তি ধর্ম শন্দোকপদি যমরাজগীসু মহাজন অমা ওইনা তৌগদবা মথৌনি। অহুবু যমরাজদি মহাক্কী রাজ্যদা পাপীশিংবু দণ্ডি পীবগী থবক্তা চিন্দুনা ঙাক লৈ। পাপীশিংবু শিন্নবা মতুংদা পুথোক-খিনবা অহুগা মখোয় মখোয়গী পাপকী মতুং ইন্না দণ্ডি পীননবা হায়হুনা ভগবান্না যমরাজবু পৃথিবীদগী মাইল কোটি কোটি লাপ্না লোক অমদা থাবিরি। মতৌ অসুম্না যমরাজনা পাপীশিংবু দণ্ডি পীবগী থবক্তগী ছুটি লৌনবা মতম ইফং ফংদে। অকব মীগী মশীঙবুদি ফত্তবা মীগী মশীঙনা হেল্লী। মরমহুনা পরমেশ্বর ভগবান্গী থবক তৌরিবা দেবতা অতৈদগী যমরাজনা হেন্না নোম্লম্মী। অহুবু মহাক ভগবান্গী গুণ প্রচার তৌনিংলম্মী, মরমহুনা ভগবান্গী ইচ্ছাদগী মহাকপু মণ্ডুক মুনিনা শাপ তৌখিবনি, অহুগী ফল ওইনা বিহুর ওইনা মর্ত্যলোকসিদা কৃষ্ণগা ভক্ত অমা ওইনা য়াম্না কন্না থবক শুখিবনি। অসিগুম্বা ভক্তদি শূদ্রসু নত্তে ব্রাহ্মণসু নত্তে। মহাক্তি মীরম্নেনগী ওইবা সমাজগী বর্ণ থায়বসিগী রাংমদা লৈবনি, মহুদি ভগবান্না ওক অমা ওইনা অবতার তৌরগা মহাক ওকসু নত্তে অহুগা ব্রহ্মাসু নত্তে। মহাক্তি প্রাকৃত জীব পুম্নমক্কী মথক্তা লৈবনি। ভগবান্গা মাগী থবক শিন্নকম ওইরিবা ভক্তশিংগদি করি করিগুম্বা মতমদা মায়াবদ্ধ জীবশিংবু লানবিগে হায়বগীদমক হুম্বা জাৎকী জীবগী ভূমিকা লৌই। অহুবু ভগবান্গা মাগী শুদ্ধ ভক্তশিংগদি মতম পুম্বদা চিন্ময় স্বরূপ ওইনা অহুম মরৈ। যমরাজনা বিহুর ওইনা অবতার তৌরম্বা মতমদা কাশ্যপ অমসুং অদিতিগী মচানুপা ময়ামগী মরক্তা অমা ওইরিবা অর্য্যমানা যমগী থবক পুহৌখি। আদিত্য-শিংদি অদিতিগী মচাশিংনি; আদিত্য তরানিথোইনি। অর্য্যামা আদিত্য তরানিথোইগী মনুংদা অমনি। মরমসিনা যমরাজনা বিহুর ওইহুনা চহী চামা লৈখিবদা যমরাজগী থবক্ত মহাক্না পুহৌবদি ইলায় লায়না ওইথোকই। মসিনা ওইরকপা রাফমদি বিহুরদো কদৌঙৈদসু শূদ্র নৎলমদে হায়বসী রানি, ব্রাহ্মণ শেংলেন-শেংলবা অহুদগীসু মানা হেন্না চাউরম্মী।

## শ্লোক ১৬

**যুধিষ্ঠিরো লব্ধরাজ্যো দৃষ্ট্বা পৌত্রং কুলন্ধরম্।**
**ভ্রাতৃভির্লোকপালাভৈর্মুমুদে পরয়া শ্রিয়া ॥১৬॥**

### শব্দার্থ

যুধিষ্ঠিরঃ—যুধিষ্ঠির; লব্ধরাজ্যঃ—মপামপুগী লৈবাক-ফংলবা; দৃষ্ট্বা—উরহুনা; পৌত্রম—মশূন্নুপা; কুলম্-ধরম্—শাগৈ মুত্তনবা ওইরবা; ভ্রাতৃভিঃ—মচীম্মনাওশিংনা; লোকপালাভৈঃ—লৈবাক-ঙাকপা হৈবশিংগ; মুমুদে—হরাওখি; পরয়া—অথোইবা; শ্রিয়া—রাজ্যলক্ষ্মীনা, লন্না।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

যুধিষ্ঠিরনা রাজ্য ফংলহুনা অহুগা মশূন্নুপা পরীক্ষিৎপু শাগৈ মুত্তনবা মতীক-চাবা অমনি হায়বা উরহুনা ইন্দ্রনচিংবা লোকপালগুম্বা মচিম্মনাওশিং লোয়ননা খ্বাইগা মান্নদবা রাজ্যলক্ষ্মী ভোগ তৌহুনা হরাওখি।

### নৈনরোল

যুধিষ্ঠিরগা অর্জুনগা অনীমক কুরুক্ষেত্রগী লাল হৌবদগী মুংঙাইরমদবনি, অহুবু মখোয়না লান্দা মখোয়গী ওইবা মীশিংবু হাৎনীঙলমত্রবসু মহু মখোয়গী মথৌ ওইনা তৌদবা য়াখিদে, মরমদি ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী পরম-ইচ্ছাদগী শিন্থিবা থবক্নি। লাল লোইরবা তুংদা মীয়াম হাৎলুবদগী যুধিষ্ঠিরগী থবাইহু

মুংঙাইরমদে। থাজেংশেংনা য়েংলুরগদি পাণ্ডবশিংগী মতুঙদা কুরু শাগে মৃত্তনবা মী কনামতা লৈরমত্র-বনি। লৈহৌরিবা অমতা ঙায়বা আশা হায়ববু উত্তরাগী গর্ভদা লৈরিবা অঙাঙদা ঙায়রবনি; অদুগা মাবুম অশ্বত্থামানা হাংকে হায়না খুংলাই থাদকনি, অদুবু ভগবান্গী কৃপানা অঙাংদু হিংহৌবনি। মরমদুনা লৈবাক লাঙবা লোয়রদুনা অদুগা রাজ্যগী শান্তি অমুক হন্না লিংলদুনা অদুগা শিহৌরবা অঙাং পরীক্ষিৎপু উরদুনা মপূক্রীং ফজনা পেন্নবা যুধিষ্ঠির মীওইবা অমা ওইনা পূর্ণিত লৈভাজখি, তৌবগীবুদি মায়াগী ওইবা তুংকোইদবা প্রাকৃত সুখ হায়বদু মহাক করিমতা পায়মদে।

শ্লোক ১৭

**এবং গৃহেষু সক্তানাং প্রমত্তানাং তদীহয়া।**
**অত্যক্রামদবিজ্ঞাতঃ কালঃ পরমদুস্তরঃ ॥১৭॥**

শব্দার্থ

এবম্—মতৌ অসুম্না; গৃহেষু—য়ুম্বান্দগী থবক্তা; সক্তানাম্ -লুপ্পবা মীতাশিংগী; প্রমত্তানাম্—বুদ্ধি-চোইনা লুপ্পরশিংগী; তৎ-ঈহয়া—মদুগী বাখন্দা লুপ্পা; অত্যক্রামৎ—হেন্দোক্লবা; অবিজ্ঞাতঃ—শক-উদনা; কালঃ—মতম; পরম—পুঙথোই থোইনা; দুস্তরঃ—লাম্থোকপদা ৱারবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

লাম্থোকপদা ৱারবা মতম্না (কাল হায়বদুনা) কনাবুম্ খঙহল্লমদবমখৈ য়ুম-পানবগী থবক্তা লুপ্পিবা অমুপা থবকশিংদুগী বাখল্দা লুপ্পিবা মীশিংবু লাম্থোকুনা চংখি হায়বদি মখোয় মখোয়গী পুন্সিগদবা মতমগী শরুক অদু হেন্দোকখি।

নৈনরোল

"ঐদি হৌজিক মুংঙাইরে; ঐগীদি পোৎলম খুদিংমক ফীভম চারে; ঐগী শেল ওক্লবা ব্যাঙ্কদা তুঙশল্লে, ঐ হৌজিক ইচাশিংগী মতম্না নীঙথিনা য়ংলুনা থৎপানি; ঐগী পুন্সি মহৈ য়াল্লবনি, চানীঙঙাই-লৈতবা চাল্লীবা সন্ন্যাসীশিংনা ভগবান্বু ঙায়রি, অদুগা মখোয়না ঐঙোন্দগী ভিক্ষা নিবা লাকই; মরমদুনা ঐদি পরমেশ্বর ভগবান্দগী হেল্লিবনি।" মতম হৌখিবাখঙদবা সংসারদা আসক্ত ওইরবা বুদ্ধি-চোইবা গৃহস্থশিংগী বাখল ময়াম্নি মথক্তা হায়রিবসে। ঐখোয়গী পুন্সিদি অকক্লবনি, ভগবান্গী খ্বায়না থৎপা ঙমদ্রবা ইচ্ছাদগী লেপপ্রবা পুন্সিগী মতম অদুগী মথক্তা মীওইবগী পুন্সিবু সেকেণ্ড অমতং ফাওবা হেঙ্গৎহন্বা কনামতনা ঙমদে। অসিগুম্বা মমল-য়াম্বা মতম্বু চেকশম্না শীজম্নকম থোকয়ি মরমদি মকম খঙদবনখৈ চংখিবা মতমা সেকেণ্ড অমফাওবা য়াম্না রানা ভানশল্লুবা সনাগী মুদ্রা লীশীঙ লীশীঙগা মহুৎ শিন্নদুনা হনজল্লকউ হায়বা য়ারোই। মীওইবগী সেকেণ্ড খুদিংমক পুন্সিগী সমস্যাশিংগী অরোইবী সমাধা তৌনবগীদমক্নি; সমস্যাশিংদুদি হন্থন্ হন্থন পোকপা-শিবা অদুগা যোনি ৮৪,০০,০০০ লৈরিবা মথল মথাদা পোকুনা কোয়চৎ চৎপা অসিনি। পোকপা-শিবা-অনাবা অমদি হনুরকপা হায়বসিগী মখা প্রাকৃত দেহনা পোন্বা মরম্না জীবশিংনা বারিবনি। অদু নত্রগদি জীবদি নিত্যনি, মহাক্তি অদুম পোক্লগা লৈবনি শিবা নাইদবনি। অপঙবশিংনা বাকমসি কাউথোকই। মখোয়না পুন্সিগী সমস্যাশিংসি করম্না কোকহনগদগে হায়বদু করিমতা খঙদে; নিত্য ওইবা মতম হায়বসিনা মকম খঙদবমখৈ চংথরি হায়রা অদুগা মখোয়গী অকক্লবা পুন্সিনা সেকেণ্ড খুদিংমক,

অচৌবা সমস্যা হায়বদি হঙ্গন হঙ্গন পোকপা শিবা, অনায়েক অহুগা হমুরকপা হায়বা সমস্যা কোক্লবা উপায় অমতা লৈতবমখৈ, ময়েং তাথরকয়ি হায়বসি খঙদহুনা তুংকোইদবা ইমুং-মনুংগী বিষয়দা। লুপ্ত্ুনা লৈ। মন্নমা তৌবসিবু মায়া কৌয়ি।

অহুবু অসিগুম্বা মায়ানা ভগবান্গী সেবাগীদমক মীৎকপ-থোক্লবা ভক্তদদি করিস্থ তৌবা ঙমদে। যুধিষ্ঠির মহারাজগা মনাওশিংগা পাণ্ডবশিংসিদি লোইনমক ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী সেবাদা লুপ্ত্ুনা লৈরম্মী, অহুগা মখোয়না প্রাকৃত জগৎসিগী মায়িক সুখবু করিমতা পাম্নমদে। হায়রু নৈনরে, মহুদি—মহারাজ যুধিষ্ঠিরদি ভগবান্ মুকুন্দগী (অরান্ খুভম পীবা ঙম্বা মহাকী) সেবাদা চপ-য়ুংশ্রবনি, মরমহুনা স্বর্গরাজ্যদা ফংবা পুন্সিগী মুংঙাইবশিংহু ফাওবা মহাক করিমতা পাম্নমদে, মরমদি ব্রহ্মলোকদা ফংবা মুংঙাইবনি হায়রিবহুফাওবা তুংকোইদবনি অহুগা মায়াগীনি। জীবদি নিত্যনিনা মহাক্লা মুংঙাইজবদি ভগবানগী নিত্য-ধাম (পরব্যোম) হায়বা অহুদদনি। মহুদগী কনামতনা পোকপা-শিবা-অনায়েক অমদি হমুরকপগী মন্থম ওইবা লমদমসিদা (মর্ত্যলোকসিদা) হল্লক্করে। মরমসিনা পুন্সিগী মায়িক সুখ হায়বা, নিত্য ওইবা পুন্সি ফংবগী রা লৈতবা, অম্নিদি নিত্য ওইবা জীবগীদমক্তি মাযানি। মসিবু থৌওইনা খঙলবা মীহুদি পণ্ডিতনি; অসিগুম্বা পণ্ডিতনা ব্রহ্মসুখ হায়বা মুংঙাইতবা ওইবা মুংঙাইবা হায়না খঙনরিবা পাম্নরিবা গতি (পম্বুং) অহু য়োননবগী সংসার-বিষয়গী মুংঙাইবা পুম্নমক থাদোকপা ঙম্মী। অশেঙবা পরমার্থবাদীশিংনা অসিগুম্বা মুংঙাইবগীদমক থৌরাংনা লৈ; চাক-লাম্বা মীনা অচাপোৎ যংত্রিবমখৈ বিষয়-সুখ অতৈনা পেন্বা শূকঙম ঙমদবগুম নিত্য আনন্দ অহুতবু থৌরাংবা মীদি বিষয় সুখ লক্ষা ফংহুনস্থ করিমতা পেল্লোই। মরমসিনা, নৈনরিবা শ্লোকসিদা হায়রিবা পাউতাক মহারাজ যুধিষ্ঠিরদা নক্লগা মনাওমুপাশিং অমদি মখোয়গী মমাবেম্মাগী মতাঙদা হাযগদবা রা নত্রে। মসিদি ধৃতরাষ্ট্রগুম্বা মীতাদা পীগদবা পাওতাক্লি; মাবু তাকপিগে হায়হুনা বিহুরনা থোইদোকপা থবক অমা ওইনা লাক্লম্লিবনি।

শ্লোক ১৮

**বিদুরস্তদভিপ্রেত্য ধৃতরাষ্ট্রমভাষত।**
**রাজন্নির্গম্যতাম্ শীঘ্রং পশ্যেদং ভয়মাগতম্ ॥ ১৮ ॥**

শব্দার্থ

বিদুরঃ—বিদুরনা; তৎ—মহু; অভিপ্রেত্য—মুন্না খঙলহুনা; ধৃতরাষ্ট্রম্—ধৃতরাষ্ট্রনা; অভাষত—হায়রম্মী; রাজন্—হে ইনিংথৌ; নির্গম্যতাম্—খুদক্তা য়ুমদগী থোককথরো, শীঘ্রম্—থীন্দবমখৈ; পশ্য—য়েংঙু; ইদম্—মসি; ভয়ম্—অকিবা; আগতম্—লাক্লবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাত্মা বিদুরনা মসি শুম্বা খঙলম্মী, অহুনা মহাক্ধ ধৃতরাষ্ট্রদা হায়রম্মী—"হে ইনিংথৌ; খুদক্তা মফমসিদগী লেঙথোক্লখরো। থীন্নবা তৌবিরগনু। য়েংবিয়ু অকি-চৌবা অমা থুংলরে।

নৈনরোল

মুংশি-খঙদবা মৃত্যুনা কনামতবু থৌশাবিদে, ধৃতরাষ্ট্র ওইরবসু নক্লগা মহারাজ যুধিষ্ঠির ফাওবা ওইরসনু। মরমসিনা অহল ওইরবা ধৃতরাষ্ট্রদা পীরম্বা তত্ত্বজ্ঞানগী পাউতাক অহু নহা ওইরিবা মহারাজ যুধিষ্ঠিরদসু চপ মান্ননা পানবা য়ারম্মী। তশেংবদি কোক্নুংগী মী খুদিংমক, নিংথৌ যুধিষ্ঠিরনে,

মনাওশিংনে অদুগা মমাবেম্মনে লোইনমক বিদুরনা ঙাঙলম্বদু পুক্নীং থিংজন্না নাকোঙনা তারম্মী। বিদুরনা মাগী পাউতাকশিংদু য়ক-লাউনা সংসারী ওইবা ধৃতরাষ্ট্রগীদমক থোইদোক্না ঙাঙলি-নি হায়বদু খঙলম্মী। 'রাজন্' হায়বা শব্দদু ধৃতরাষ্ট্রদা হায়গে হায়না পল্লম্বনি। ধৃতরাষ্ট্রদু মপাবুংনা পোকপদ খ্বাইদগী হনবা মচান্নুপানি, মরমদুনা আইনগী মতুং ইন্না মহাকপু হস্তিনাপুরগী সিংহাসন মথক্তা কাহনগদৌবনি। অদুবু মহাক পোকপদগী মীৎ তাঙলকপা মরম্না মহাক্কী স্বতাধিকার ফংবদু য়াথিরমক্রে। য়াথিদবু মহাক্কি কাউবা ঙম্মদে; মহাক্কী নীংবা কায়বদু মনাওন্নুপা পাণ্ডুনা শিরবা মতুংদা কোকহনখি। মনাওন্নুপানা নাবালক ওইবা মচাশিং হুপ্পেক্লম্মী, মখোয়গী অভিভাবকতি ধৃতরাষ্ট্রনা ওইরম্লে। অদুবু মাগী থম্মোইনদি চানবা নিংথৌ হায়বদু ওইনীংখি অদুগা রাজ্যদু দুর্য্যোধন-নচিংবা মচাশিংদা শিন্ননীংখি। নিংথৌ ওইবগী আশাদা ধৃতরাষ্ট্রনা মশের্নুপা শকুনিগা মওং মথন-মথাদা লৌতুনখি। হোৎনবা খুদিংমক ভগবান্‌গী ইচ্ছাদগী অরেম্বা তাখি। ইরোই-লোইবা মতাঙদা মীস্থ লক্সু পুন্নাও মাঙলবা মতুঙদফাওবা মহারাজ যুধিষ্ঠিরগী মপল ওইবগীদমক নিংথৌ অদুম ওইথনীংলম্মী। মহারাজ যুধিষ্ঠিরনস্থ মথৌ-মক ওইনা ধৃতরাষ্ট্রবু রাজ-সম্মান তৌদুনা থনম্মী; অদুগা ধৃতরাষ্ট্রস্থ শিরমদাইগী মুমীৎ থরনিদু নিংথৌ ওইরি হায়বগী অদুগা যুধিষ্ঠিরগী মপন্ নিংথৌনি হায়বগী মায়াদা মুংঙাইনা লেল্লম্মী। বিদুরনা সাধু অমা ওইবনে অদুগা ধৃতরাষ্ট্রবু মুংশিবা মনাও তোম্বা ওইবগী মথৌ তৌফম থোকপনে মরম অনীসিনা ময়াম্ভুংদো অনা-অয়েক্পা হন্নুবা ওইবগা মাগী ফীভম ওইরবনি হায়বদু খঙহন্নীংখি। মরমদুনা করেম্মদুনা ধৃতরাষ্ট্রবু "হে রাজন্" হায়না কৌরম্মী, তশেংবদি মহাক নিংথৌ নৎলমদবনি। মী খুদিংমক নিত্য ওইবা মতমগী মনাইনি, মরমদুনা কনামতনা সংসারসিদা নিংথৌ ওইবা ঙমদে। য়াথং তাউথবা ঙম্বা মীদুবু নিংথৌ কৌবনি। ফাওরবা ইংরেজশিংগী নিংথৌনা মতম-দা য়াথং তাউথরম্মী অদুবু মতম্না ময়াথংদু ইন্নু হায়বা য়াথিদে। সংসারসিদা নিংথৌনি হায়রিবদু ওইদবা নিংথৌ হায়বদুনি। ধৃতরাষ্ট্রদা ওইদনা অওই শাবা নিংথৌ খুভম্নি হায়বদুগা মতমদুদা থোক্লম্বা অকিবা ময়ামদুগী বাগা বিদুরনা থোইদোক্না খঙহনখি। অকিবা ফীভম অমা লাক্কদৌবা অদুদগী নাম্থোকহৌনবা বিদুরনা ধৃতরাষ্ট্রবু য়ুম থুনমক থাদোক্নবা হঙ্গৎলম্মী। মহাক্না মহারাজ যুধিষ্ঠিরবুদি অদুম্না হায়রমদে মরমদি নিত্য-নত্তবা সংসার-সিদা কিনঙাই থৌদোক ময়াম লৈরিবদো মহারাজ যুধিষ্ঠিরগুম্বা নিংথৌ অমদি মুম্না খঙঙী অদুনা মাদি বিদুর লাক্লমজবস্থ মরম্নাইনা অকিবশিংদগী নাম্থোক্নবা হোৎনজগনি।

শ্লোক ১৯

**প্রতিক্রিয়া ন যস্যেহ কুতশ্চিৎ কর্হিচিৎপ্রভো।**
**স এষ ভগবান্ কালঃ সর্ব্বেষাং নঃ সমাগতঃ॥ ১৯॥**

শব্দার্থ

প্রতিক্রিয়া—প্রতিকার (কোক্লনবা পাম্বৈ); ন—লৈতে; যস্য—মহাক্কী; ইহ—মায়াগী জগৎসিদা; কুতশ্চিৎ—কদায়দস্থ; কর্হিচিৎ—কদৌঙৈদস্থ; প্রভো—হে প্রভু; স—মদু; এষঃ—মদুমক; ভগবান্—ভগবান্; কালঃ—মতম; সর্ব্বেষাম্—পুম্নমক্কী; নঃ—ঐখোয়গী; সমাগতঃ—থুংলরে।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অকিবা ফীভমসে প্রাকৃত জগৎসিদা কনামতনা কদৌঙৈদস্থ কোকহনবা ঙমদে। হে প্রভু, ভগবান্না মতম (কাল) ওইনা ঐখোয় লোইনমক্কী নাক্তা লাক্লিবনি।

## মৈনরোল

শিবগী মুংশিহৈতবা খুৎ অহুবু থিংনবা অহেন্‌বা শক্তি অমতা লৈতে। হকচাঙদা অরাবা পীরিবগী মরম ওইরিবহুনা য়াম্না কন্না চাকথেক্লবনু কনামতা শীনীংদে। বিজ্ঞান চাওথংলে হায়-শারিবা মতমসিদফাওবা হন্নুদনবা অহুগা শিদনবা প্রতিকার অমতা লৈতে। অহল ওইবা হায়বসে শিবা হায়বহু খুংলগদোরে হায়না তমথিরবা মতম্না পীরকপা নোটিশনি। কনামতনা মতম কৌবা লাইনা থারকপা সমোন অসিবু অহুগা মহাত্মী মথক্তা অমা লৈত্রবা রায় অহুবু লৌরোই হায়বা ওমদে। বাকমসি ধৃতরাষ্ট্রগী মাওদা ব্যাখ্যা তৌহুনা তাক্লমী মরমদি মহাত্মা থুনমক থুংলগদবা অকিবগী প্রতিকার মমাইওঙগী মতাওদা তোয়না পুথোরকউ হায়থিবগুম্না হংলকপা য়াই। হংলক্তি্রওঙগী মমাওদা, বিহুরনা ধৃতরাষ্ট্রদা জগৎসিদা কনামতনা করিগুম্বা মতমদা প্রতিকার পুথোকপা ওমদে হায়বসি খওহন্‌থিবনি। প্রাকৃত জগৎসিদা প্রতিকার লৈতবা মরম্না, মৃত্যুবু ভগবান্নি হায়না লৌরিবনি; বাকমসি ভগবান্‌ মশামক্না ভগবদগীতাদা হায়রম্লিবনি। (১০/৩৪)।

মৃত্যুবু মায়িক জগৎসিদা কনামতনা অহুগা করিগুম্বা উপায়না থিংবা ওমদে। হিরণ্যকশিপুনা অমর ওইনীংলম্মী, অহুগা শাথিরবা তপ তৌহুনা বিশ্বব্রহ্মাণ্ড পুম্নমক থক্‌ থক্‌ নীকথি অহুগা ব্রহ্মামক্না মঙোন্দা চংহুনা শাথিরবা তপ মতৌহু তৌদনবা হায়জখি। হিরণ্যকশিপুনা ব্রহ্মাদগী অমর ওইনবা বর নিরম্মী, অহুবু ব্রহ্মা ফাওবা মৃত্যুগী মথা পোল্লী (হায়বদি শিগদবনি) বাংলেন বাংবা লোক অহুদা লৈরব-ফাওবদা, অহুনদি ব্রহ্মা মহাক্না করম্না হিরণ্যকশিপু মহাকপু অমর ওইহন্‌বা ওমদগে হায়না খুমখি। প্রাকৃত ব্রহ্মাণ্ডসিগী বাংলেন-বাংবা লোক অহুদফাওবা শিনরি, অহুনদি ব্রহ্মাগী লৈকম ব্রহ্মলোকসিদগী হন্নবা অতৈ লোকশিংগী বাদি করি হায়রুগনি? মতম্না ওম্বা মকম খুদিংদা অরাবশিং হায়বদি পোকপা, শিবা, অনা-অয়েক অহুগা অহন ওইরকপাময়ামসে শোয়দনা থোক্লিবনি; মথোয়সিবু ওম্বা অমতা লৈত্রবনি।

## শ্লোক ২০

**যেন চৈবাভিপন্নোঽয়ং প্রাণৈঃ প্রিয়তমৈরপি।**
**জনঃ সদ্যো বিযুজ্যেত কিমুতান্যৈর্ধনাদিভিঃ ॥ ২০ ॥**

### শব্দার্থ

যেন —মহুনা; চ—অমসুং; এব—লেপ্পমক; অভিপন্নঃ—লাক্‌থুরবা; অয়ং—মসি; প্রাণৈঃ—থবাইগা লোয়ননা; প্রিয়তমৈঃ—খ্বাইদগী মুংশিজরবা; অপি—বনু; জনঃ—মী; সদ্যঃ—খুদক্তা; বিযুজ্যেত—থাদোকই; কিমুত অন্যৈঃ—অতৈ বাদি করি হায়রুরগনি; ধনাদিভিঃ—লন্নচিংবা হায়বদি লন, মান, ইচা-ইশু, লম অমসুং য়ুম।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতমগী (কালগী) মথা পোল্লিবা মীহুদি মুংশিবা পুম্নমক্কী মুংশিরবা মথবাইহু ফাওবা থাদোকই, অহুনদি লন, মান, ইচা ইশুশিং, লম, য়ুম্নচিংবা অতৈ পোৎকী বাদি করিয়ুক হায়রুগনি?

## নৈনরোল

ভারতমচা বৈজ্ঞানিক অচৌবা অমা উদ্যোগ বা নৈনবদা থবক চিল্লদুনা উদ্যোগ কমিশনগী মিটিং অমা য়াওলবা চংপা মতমদা লমখাওদা পুন্নমকপু ওম্বা মতম কৌবা লাইদুনা খঙহৌদনা মাবু কৌখি। মহাক মথবাই, তালোই, মচাশিং, মরম-ইংখোল, মরম্নচিংবা থাদোকপা তাখি। ভারতকী রাজনৈতিক অবস্থাদা কাং-খোঙ চাইদুনা পাকিস্থান হিন্দুস্থান হায়না অনী থোক্লা খায়খিবা মতমদা ইনাক-খুন্বা অদুগা খুৎকন্-পাঙন্বা ভারতমচা কয়ানা মথবাই, মরন্-মথুম্, অমসুং মান কালগী প্রভাবনা মাওথি; মসিগুম্বা থুদমশিংসে পৃথিবী পুম্বদা করি হায়নি ব্রহ্মাণ্ড পুম্বদা থোকখিবগী মশীঙ লীশিঙ লীশীঙনি; থোক্লিবা পুম্বদো মতম্না ওম্বদগী (কাল-প্রভাবতগী) থোকপা ঙাক্তনি। মরমদুনা, মসিদগী তাথরকপা রা হায়ববু মতমসু ওম্বা বিশ্বব্রহ্মাণ্ডগী মনুঙদা শক্তিলৈবা জীব অমতা লৈতে হায়বসিনি। কবি কয়ানা মতমগী প্রভাবকী মরমদা শৈরেং কয়া তেংথা তেংথানা ইরি। মতমগী থোঙলোই মতুঙ ইন্না ব্রহ্মাণ্ডশিংদা কয়া কয়া মাঙ-তাকপা থোকখরে, অদুবু কনামতনা করিগুম্বা উপায় অমতনা থিংবা ঙমখিদে। ঐখোয়গী নিতিগী ওইরিবা পুন্সিদসু কয়া লাকই কয়া চংগ্রে, মখোয়দুদা ঐখোয়না খুৎ থিংজনবা ঙমদে. অদুবু ঐখোয়না থৌদোকশিংদুগীদমক প্রতিকার লৈতনা অৱাবা খাঙলি। মদু পুম্বা মতম্না তৌহনবা ঙাক্লি।

### শ্লোক ২১

**পিতৃভ্রাতৃসুহৃৎপুত্রা হতাস্তে বিগতং বয়ঃ।**
**আত্মা চ জরয়া গ্রস্তঃ পরগেহমুপাসসে ॥ ২১ ॥**

## শব্দার্থ

পিতৃ—পম্বৌ; ভ্রাতৃ—ননাও; সুহৃৎ—য়াইফনবা-খন্বীবা মী; পুত্রাঃ— মচানুপা; হতাঃ—হাৎখরে; তে—নহাক্কী; বিগতম্—চংখরে; বয়ম্—পুন্সিগী মতম; আত্মা—হকচাঙ; চ—সু; জরয়া—হন্নুরকপা হায়বদুনা; গ্রস্তঃ—উমগ্রে; পরগেহম্—অতোপ্পগী য়ুমদা; উপাসসে—নহাক্না লৈরে।

## মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নহাক্কী অপোকপা, ননাও, নঙগী য়াইফনবা নীঙবীবা মীশিং অমসুং নচাশিং পুম্নমক শিখরে। নপুন্সিগী শরুক অয়াম্বসু হৌখরে; নঙগী হকচাঙসু হন্নুরকপা হায়বদুনা উমগ্রে অদুগা নহাকসু মীগী য়ুমদা লৈরি।

## নৈনরোল

তমথিরবা মতমগী মঙম্না ওইরকপা নিংথৌগী খুদোং-চাদবা ফীভম অদু মঙোন্দা নীঙশীঙবী-রম্মী। থোকখিবা থৌদোকশিংদু খঙলগা মাগী পুন্সিদা অমুক করি থোক্লগদগে হায়বদু উননবগীদমক অমুক হেন্না শিংকম্ থোকপনি। মাবু পোকপা বিচিত্রবীর্য্যদু মখোয় মচীম্নাওশিংনা পিশক পীক-লিঙৈদা আ মমাওদা লৈথিদ্রবনি। ভীষ্মনা লুনা চান্না তৌদুনা মখোয়বু য়োক্লকপনি। অদুদগী মনাও-মুপা পাণ্ডুসু শিখরে। অদুদগী কুরুক্ষেত্রগী লান্দা মচানুপা চামনে অদুগা মগুনুপাশিংনে লোইনমক শিগ্রে, অদুদা মখোয়গী য়াইফবতা-খন্বীবা ভীষ্মদেব, দ্রোণচার্য্য, কর্ণ অমদি নিংথৌশিং অমদি মরূপশিং কয়ামসু লোইননা তুমগ্রে। মরমসিনা মহাক্কী মীসু লনসু পুম্নাঙ মাঙখরে, অদুগা

হৌজিক্কী মাবা অবাবা মথল কয়া নংহল্লুরবা মনাওগী মচানুপাশিংগী থৌজান্না ছিংলম্মী। পুন্সি মথক-মথা অসুক য়াম্না ওল্লবা ফাওবদা মহাক্না মপুন্সিদু হেন্না হেন্না শাংথহল্লীংলম্মী। মী খুদিংমক্কা মশা মশাবু মাগী মাগী কর্ম্মনা অদুগা ভগবান্‌গী কৃপানা ঙাকশেন্নবা তৌগদবনি হায়বসি বিদুরনা ধৃতরাষ্ট্রদা তাক্লীংলম্মী। মী খুদিংবা মথৌ শোয়দনবা পাঙথোক্কদবনি অদুগা কলগীদমক্তি পুম্‌শুপ-শুপ্না ভগবান্দা ইম্থোক্কদবনি। ভগবান্না ঙাক্ত্রবা মীদুবু মরূপ্না, মচাশিংনা, মপা, মনাওনা, রাষ্ট্রনা অমসুং অতোপ্পা কনামতনা ঙাকপা ঙম্রোইদৌবনি। মরমদুনা মী খুদিংনা পরমেশ্বর ভগবান্দা ঙাকপীয়ু হায়না চঙ-জগদবনি, মরমদি মীওইবগী মপোক্‌সি ভগবান্দা ঙাকশেনবীয়ু হায়জনবগীদমক্নি। মথাদা হায়থরক্লিবা রাহৈশিংসিনা মাগী থীরবা ফীভম অদু মাবু নীঙশীঙহন্‌খি।

শ্লোক ২২

**অন্ধঃ পুরৈব বধিরো মন্দপ্রজ্ঞাশ্চ সাম্প্রতম্।**
**বিশীর্ণদন্তো মন্দাগ্নিঃ সরাগঃ কফমুদ্বহন্ ॥ ২২ ॥**

শব্দার্থ

অন্ধঃ—মীৎতাঙলবা; পুরা—হৌবদগী, পোকপদগী; ইব—লেপ্পমক; বধিরঃ—না-তাত্রবা; মন্দপ্রজ্ঞাঃ—নীংশীঙবগী পাঙ্গল শোম্থরবা; সাম্প্রতম্—হৌজিক্কা; বিশীর্ণ-দন্ত—য়া-কেল্লবা; মন্দাগ্নিঃ—চাবা তুম্নবা মৈ শোল্লবা হায়বদু ওইরবা; সরাগঃ—খোন্‌থোক্না; কফম্— লোকতিন; উদ্বহন্—থোরক্লবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নহাক পোকপদগী মীৎতাঙলবনি, অদুগা হন্দক্তা ননা তাত্রে অমসুং পোৎচৈ নীঙশীঙবা (স্মরণ) ঙমদ্রে, অদুগা য়া কেল্লে, চাবা তুম্নবা মৈসু শোল্লে। লোক খুদুনা মপান্ থোরক্লে।

নৈনরোল

ধৃতরাষ্ট্রগী মশাদা ওইখৎলক্লম্ব অহন্ ওইবগী খুদমশিংদু মথং মথং মঙোন্দা উৎলম্মী, মদুনা মহাক্কী শিগদবা মতম থুজল্লক্লে হায়বদু খঙহল্লবা হায়বগীদমক্নি। অদুফাওবদা মহাক্কী পোলোইগী মবমদা করিমতা থোশারমদে। বিদুরনা তাক্লম্বা ধৃতরাষ্ট্রগী হকচাঙদা লৈবা খুদমশিংদু "অপক্ষয়গী" হায়বদি শিবা হায়বা অরোয়বী খুথাদু লাক্লিবৈদা প্রাকৃত দেহগীময়েং তাথরকপগী চিহ্ন ঙাক্তনি। হকচাঙদু পোক্লে, হম্ হম্ চাউখৎলকই, অদুম লৈরে, অতোপ্পা হকচাঙ থরমূক শারে (থোকহল্লে), ময়েং অসুম অসুম তাথরক্লে, অদুদগী পুম্নাঙ মাংগ্রে। অদুবু অপঙবা মীশিংনা মাঙ-তাকঙাই ওইবা হকচাঙবু মতম পুম্বগী লেঙদবা অমা ওইহন্‌বা পাম্মী, অদুগসু মখোয়গী লম্ময়ুম্না, মচাশিংনা, সমাজনা, দেশনচিংবনা মখোয়বু কণবিগনি হায়না খল্লী। অসিগুম্বা অপঙবা রাখল থন্দুনা লৈবনা মখোয়বু তুংকোইদবা থবক কয়ানা খুদুম চন্দুনা থম্মী, অদুগা তুংকোইদবা হকচাঙদু থাদোক্কদবনি অমসুং অনৌবা হকচাঙ অমা লোগদবনি, অদুগা সমাজ, মরূপ অমদি মুংশিবগী মিয়াদ অনৌবা অমগী মূক থৌরাং তৌগদবনি, অদুগা অমূক শিগদবনি হায়বনচিংবসি মখোয়না কাউথোকই। মখোয়না মখোয়গী মতম পুম্বগী ওইবা মশক (নিত্য স্বরূপ) অদু কাউথোকই অদুগা ইপঙ-পঙনা তুংকোইদবা শিল্লম কয়া তৌদুনা মখোয়গী পুন্সিগী শিল্লম্ মকোক অদুবু কাউথোকই। মখোয়গী তশেঙবা ফীভমদু খঙহন্‌গে হায়বগীদমক বিদুরনচিংবা সাধুজনশিংনা অপঙবশিংদুগী মনাক্তা চৎলী; অদুবু মখোয়না

অসিগুম্বা সাধুশিংবু সমাজগী উতাংবী ভাক্তি হায়না লৌই অদুগা মখোয় অয়াম্বনা অসি গুম্বা সাধুশিংগী বা মনাকোঙদা হাপ্তে' অদুগদি মখোয়দুনা মখোয়গী ইন্দ্রিয়শিংবু পেলহন্-ঙম্বা তৌশন্নব সাধুশিংবুদি তরাম তরান ওকই। বিদুরদি ধৃতরাষ্ট্রগী শেয়াল্লবা রাখনগী পুকচেল্দু পেলহন্‌বা সাধু জাত্তাদু নত্তে। মহাক্না পুন্সিগী তশেংবা কীভমদু অচুম্বা মওংদা থিন্-থিন্দুনা তাক্লম্মী অদুগা মতৌ করম্না খুদোং- থীগদৌবদুদগী মশা মশাবু কণগদগে হায়বদুসু তাকই।

### শ্লোক ২৩

**অহো মহীয়সী জন্তোর্জীবিতাশা যথা ভবান্ ।**
**ভীমাপবর্জিতং পিণ্ডমাদত্তে গৃহপালবৎ ॥ ২৩ ॥**

### শব্দার্থ

অহো—হাই, হাই; মহীয়সী—কনগ্রেদা; জন্তোঃ—জীবশিংগী; জীবিত-আশা—হিংবগী আশা; যথা—গুম্না; ভবান্—নহাক; ভীম-অপবর্জিতম্—যুধিষ্ঠিরগী মনাও (নচা-হাংপা) ভীমসেন না পীজবা; পিণ্ডম্—চাক; আদত্তে—চারি; গৃহ-পাল-বৎ—য়ুমদা য়োকপা শা অমগুম্না।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ওঃ, জীবনা হিংথবা পাম্বগী আশাসে কয়া কনগ্রবনো? য়ুময়োকশা অমনা তৌবগুম্না নহাক্না (নচা-হাংপা) ভীম হায়বদুনা পীজবা চাক চারি

### নৈনরোল

নিংথৌশিং নত্রগা লৈবা মীশিংগী মরম্না মুংভাইনা পুন্সি লেম্নবা হঃয়দুনা সাধুনা থক মখোয়বু চীরোন তৌদে। সাধুনা গৃহস্থ অমদা বা ভাওবদি পুন্সিগী অশেংবা সত্যদুগী মরমদনি, করিনা মদুম্না তাক্লগা সংসার হিংবদি মফম-মরাং খঙদবা পুন্সি নি হায়বদু গৃহস্থশিংনা খঙবা ঙমগনি। গৃহস্থগী আশ্রমদা আসক্ত কম্না ওইরবা হম্নবা মতাদুনি ধৃতরাষ্ট্রদো। লৈতবা হায়বগী অশেংবা অর্থ য়েংলুরগদি মহাক থাঙ্গৈশেংনা লৈতবা হায়বদু ওইরবনি, অদুমক্তদা মহাক্না পাণ্ডব-শিংগী ইমুংদা মুংভাইনা চা-শেৎতুনা লৈনীংলম্মী। নৈনম্নিবা শ্লোকসিদা পাণ্ডবশিংগী মরক্তা ভীমগী মিং থোইদোক্না পল্লিবগী মরমদি মহাকমক্না ধৃতরাষ্ট্রগী অথোইবা মচানুপা অনী হায়বদি দুর্যোধনগা দুঃশাসনগা অনীবু হাৎখিবনি। মচানুপা অনীসিবু মখোয়না ফম্ভবা থবক ময়াম তৌন-তৌনমক মহাক্না য়াম্না মুংশিজে। মহাক্নী মুংশিজরবা মচা অনীসিবু ভীমনা হাৎখিবা মরম্না ভীমগী মিং বিশেষ ওইনা পল্লিবনি। ধৃতরাষ্ট্রনা পাণ্ডবশিংগী ময়ুমদা লৈরম্লিবা করিগীনো? মরমদি মানা হাওনা চাবা থকপা তৌদুনা লৈবদু য়াম্না তোম্না লৈবা তারবকাওবদা পামজম্মী। মরমদুনা বিদুরনা জীবশিংনা হিংথনীংবগী আশা অকনবদো উবদা ঙক্লম্মী। হিংথনীংবগী রাখলসিনা উৎলিবদি জীবদি নিত্য ওইনা লৈবা জীবনি হায়দুনা মাগী লৈফম হকচাঙদুবু হোংদোকপা পামদে হায়বসি উৎপনি। হকচাঙমুংদা লৈবগী অকক্লবা মিয়াদ অমা জীবদা পীবগী মরমদি কৈশুমশঙদা মওম থরা থম্বগী ভাবতাদনি। অদুগা জীবদুনা মপোক ময়াম পোক্ল-শির তৌকরবগী আ কায়নথঙদা ভগবান্‌গী নাক্তা হায়বদি তশেংবা ময়ুমদুদা হনবা ওয়বগীদমক আত্মা শকখঙবগী তাজাদু কংজরসমু হায়বগীদমক মীওইবগী দেহদু মতোন্দা পীবিবনি হায়বসে অপণ্ডবশিংনা খঙদে। অদুনা ধৃতরাষ্ট্রগুম্বা মীভাশিংনা সংসারসিদা চাবা শেৎপা রাত্তবমথৈ শেন্দোংগা শেন্দোয়গা য়াওনা মুংভাইনবা থৌরাং তৌরি, মরমদি জগৎকী

অওইবা হায়বহু করিনো হায়বা মখোয়না খণ্ডদে। ধৃতরাষ্ট্র মীৎতাঙবনি, অহুনা পুন্সিগী মরম পুয়মক থক-খা ওল্লবকাওবদা চাহুনা থকুনা মুংঙাইনা লৈবা পাম্মী। বিহুরগুম্বা সাধুশিংনা অসিগুম্বা মীৎতাঙবশিংবু মীৎকপ থোকহন্নীংলম্মী অহুগা ভগবান্গী নাক্তা চৎপা ওয়বা মতেঙ পাঙভী, মরমদি ভগবান্গী থামদি নিত্য-জীবনগী মফম্নি। অমুক্তং মফমহুদবু চৎলবদি কনামতনা মৈচাক্তী মৈচাক ঙাক্তুনা থল্লবা সংসারদা অমুক হল্লক্লীংদে। মহাত্মা বিহুরগুম্বা সাধু অমদা কয়াদা দায়িত্ব চাউরবা থবক অমা শিন্নরিবনো হায়বহু ঐখোয়না কল্লনা তৌবা য়াই।

শ্লোক ২৪

**অগ্নির্নিসৃষ্টো দত্তশ্চ গরো দারাশ্চ দূষিতাঃ।**
**হৃতং ক্ষেত্রং ধনং যেষাং তদ্দত্তৈরসুভিঃ কিয়ৎ ॥২৪॥**

শব্দার্থ

অগ্নিঃ—মৈ; নিসৃষ্টঃ—লংশন্বা; দত্ত—পীরবা; চ—অমসুং; গরঃ—হূ; দারাঃ—লুহোংলবা মুপী; চ—অমসুং; দূষিতাঃ—ঈকায়হল্লবা; হৃতম্—মুন্দুনা লৌরবা; ক্ষেত্রম্—লৈবাক; ধনম্—লন; যেষাম্—মখোয়গী; তৎ—মখোয়না; দত্তৈঃ—পীবা; অসুভিঃ—থবাইনা; কিয়ৎ—করি কান্নগনি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নহাক্না মৈ থাহুনা অমদি হূ পীজহুনা হাৎকে তৌরুববা মীশিংগী দান চাহুনা থবাই হিংলুবগী কান্নবা লৈত্রে। নহাক্না মখোয়গী তালোই অমবুসু ঈকায়বা পীথি অহুগা মখোয়গী রাজ্যগা লন্গসু মুন্দুনা লৌরুই।

নৈনরোল-

বর্ণাশ্রমধর্মগী মতুঙ ইন্না পুন্সিগী শরুক অমদি আত্মাউপলব্ধি তৌনবগীদমক অহুগা মীওই-পোক্তী পুন্সিদা মুক্তি ফংননবগীদমক কাইথোকুনা থম্মী। মসি নিয়ম ওইনা পুন্সি-মতাঙ খায়বনি অহুবু ধৃতরাষ্ট্রগুম্বা মীভাশিংনা অহল ওইমন্থিহুনা কেমথরবা মতাঙফাওবদা য়েক্লবশিংগী দান চাহুনা ভোম্না হিংবা ফীভমহুদফাওবা য়ুম থাদোক্লিঙদে। বিহুরনা মসি খুদোনবীনা থিন্দুনা তাক্লীংঙম্মী অহুগা অমুক ভোম্না দান চাগদৌবগী শরুকপুদি মচাশিংনা শিখিবদৌনা ধৃতরাষ্ট্রসু শিবনা হেন্না কৈ হায়বসি মাগী থম্মোইদা য়েক্লগা লৈহন্নীংলম্মী। চহী লীশীঙ মঙাগী মমাঙদা ধৃতবাষ্ট্র অমথক লৈরম্মী, অহুবু হৌজিক্তি য়ুম খুদিংদা ধৃতরাষ্ট্রগী ধৃতরাষ্ট্র ওক ওায়খরে। রাজ-নিতি-বালাশিংনা রাজনৈতিক কর্মদগী পোথানদরে, করিগুম্বা মুংশি-খঙদবা মৃত্যুনা চিংথোক্লগা চিংথোক্লে নত্রগনা য়েক্লবা অমনা হাৎলগা হাৎলে। মীওইবনা পুন্সিগী পোলোই লাক্লবফাওবা য়ুমদা লৈবা পুন্সিদি মাঙোন্দগী হেন্না ভোনবা পুন্সিজাৎ অমা লৈত্রে, অহুনা হৌজিক্তালসিদা অসিগুম্বা ধৃতরাষ্ট্রশিংবু ভাকপী-তম্বিনবগীদমক বিহুরগী মশিং য়াম্না চোংথোরক্লবা য়াত্রে।

শ্লোক ২৫

**তস্যাপি তব দেহোঽয়ং কৃপণস্য জিজীবিষোঃ।**
**পরৈত্যাপিজ্জতো জীর্ণো জরয়া বাসসী ইব ॥২৫॥**

### শব্দার্থ

তস্য —মসিগী; অপি —বসু; তব—নহাক্কী; দেহঃ—হকচাঙ; অয়ম্—অসি; কৃপণস্য—অরীকপগী; জিজীবিষোঃ—হিংনীংবা মহাক্কী; পরৈতি —ময়েং তাথরকয়ি; অনিচ্ছতঃ—পামদ্রবসু; জীর্ণঃ—মম্বরকপা; জরয়া—অহল-ওইবা হায়বহুনা; বাসসী—শেৎনবা ফি; ইব—শুম্না।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নহাক্কা শিনিঙম্রবসু অদুগা ইজ্জৎ-মান মাংলবকাওবদা হিংনিঙলবসু নঙনা লীকচরিবা হকচাঙদু অমন্‌বা ফিগুম্না অহল ওইরক্লুনা কেংথরক্নি।

### নৈনরোল

'কৃপণস্য জিজীবিষোঃ' হায়রবা বাহৈশিংসি অর্থ-লৈবনি। মীতা জাৎ অনী লৈ। অমবুনা 'কৃপণ' কৌয়ি অদুগা অমবুনা 'ব্রাহ্মণ' কৌয়ি। কৃপণ হায়বদি অরীকপা মীনা মহাক্কী হকচাঙ করিনো হায়রবা খঙদে, অদুগা ব্রাহ্মণদি মহাক মশামক করিনো হায়বা অওইবহুসু অদুগা মহাক্কী প্রাকৃত দেহনা করিনো হায়বসু খঙই। কৃপণগী জাৎনা মাগী প্রাকৃত দেহনা করিনো হায়বহু শেংনা খঙদবনা মাগী লৈজবা পাঙ্গলমখৈ মুক্ক্না ইন্দ্রিয় পেল্লবা হোৎনৈ, অদুগা হমুন্নবা মতমদা ফাওবা হীদাক চাদুনা খঙদে নত্রগা অতৈ উপায়ননি খঙদে পাখঙ অমা ওইবা পামজৈ। ধৃতরাষ্ট্রবু মকমসিদা কৃপণ অমনি হায়রি মরমদি মাগী হকচাঙনা করি ওইরক্নি হায়বহু খঙদবদগী কৈনো অমা তৌদুনা হিংবা পাম্মী। মাগী মীয়াম্তগী হেন্না লৈথবা য়ারোই হায়বসি উননবা ময়াম্বগী মীত্তু বিদুরনা পাঙহন্নীংলম্মী অদুগা শিবগীদমক শেম শাহন্নীঙখি। শিবা হায়বসিদি শোয়দনমক লাক্লগদবনিনা মহাক অপূক য়াম্না তোম্না করিগী হিংনীঙলিবনো ? শিবা তারবফাওবদা চৎকম-থোকপা লম্বী পাংবনা হেন্না ফরে। মীওইপোক্কী পুন্সিদি সংসারদা লৈবগী মৈচাক মখল পুন্নমক্কী লোইশন্নবা পুন্সিনি। অদুনা পামফম থোকপা পম্বুংতু ফংননবগীদমক অকক্লবা নিয়মগী পুন্সি লেন্‌বা ভাবনি। ধৃতরাষ্ট্রদি, পুন্সি মশক শেরান্নবা লৌদুনা মাগী লৈজবা শক্তিগী শরক চামন্নী মরিফুরোম অরেম্বদা মাঙহন্নে, মরমসিনা পোলোই ফননবগীদমক মাগী লীকচরিবা পুন্সিগী লেমহৌরিবা মতম খরদু শীজন্নবা চুম্মী। অসিগুম্বা পুনসিবু কৃপণ (অরীকপা) কৌবগী মরমদি মীওইপোক্কী লন হায়বহুবু চুন্না শীজন্নদবননি। লাইবক করগদদা অসিগুম্বা অরীকপা মীত্তনা বিদুরগুম্বা মুক্তাত্মা অমগা থেংনৈ অদুগা মাগী পাওতাক্লা সংসার মায়াদগী অরান্‌-খুভম ফংজৈ।

### শ্লোক ২৬

গতস্বার্থমিমং দেহং বিরক্তো মুক্তবন্ধনঃ।
অবিজ্ঞাতগতির্জহ্যাৎ স বৈ ধীর উদাহৃতঃ॥২৬॥

### শব্দার্থ

গত-স্ব-অর্থম্ — কান্নরক্তবা, চপ চানা শীজন্নদ্রবাঃ ইমম্—অসি; দেহম্—হকচাঙ; বিরক্তঃ —করিমতবু থৌশান্নবা; মুক্তবন্ধনঃ—অপূন্‌-অরাক্তগী লাম্বোল্লবা; অবিজ্ঞাত-গতিঃ—পম্বুংফম-খঙদ্রবা; জহ্যাৎ—থাদোকদবনি; সঃ—মহাক; বৈ—লেপ্পমক; ধীরঃ—পুক্নীং-লাতত্তরন্দ্রবা; উদাহৃতঃ—হায়নৈ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

বিষয় নচিংববু করিমত্তা থৌশাত্রবা অদুগা অপূন্-অরাক্তগী লাম্থোক্লবা অদুগা মাগী পম্বুংকম খঙনত্রবা কনাগুম্বা অমনা কান্নরক্ত্রবা হকচাঙ অসিবু থাদোক্লবদি মহাকপু পুক্নীং-লাঙতক্নদ্রবা মীনি (ধীরনি) হায়নৈ।

নৈনরোল

নরোত্তমদাস ঠাকুর কৌবা গৌড়ীয় বৈষ্ণব সম্প্রদায়গী আচার্য্য অদুগা অচৌবা ভক্ত অদুনা শক্লম্মী, "হে প্রভু, ঐগী পুন্সিদি অরেম্বদা মাঙহনখরে। মীওইবগী দেহ ফংলগা প্রভু নহাকপু ভজন তৌগনি হায়বদু থৌশাহৌদ্রে; মরমদুনা ঐনা চাগে হায়না নীঙনা-নীঙনা হু থক্লুরে।" অমরোমদা হায়রগা, মীওইবগী দেহসে ভগবান্গী ভক্তি-সেবা তৌনবগীদমক্নি; প্রেম-সেবাসি য়াঙদনদি পুন্সি অসি অরা-মৈচাক্না থক্লগদবনি। মরমদুনা, অসিগুম্বা ভজন-সাধন য়াওদদুনা পুন্সি মাঙহল্লবা মীদুদি মক্লপ-মপাঙ মরীমত্তাশিংনা খঙংলোইদৌবা মওংদা য়ুম থ'দোকফম থোকয়ি। পরিবারগী, সমাজগী অমদি দেশনচিংবগী লমন অস্থুম্না কোক্লবা অমা ওইরগা মীনা খঙলরোইদবা মফম অমদা থাদোকপা চুম্মী, হায়বদি মহাক কদায়দা করম্না শিথিবগে হায়বদু কনামত্তনা খঙদ্রবা মওংদা শিবনা ফৈ। পুক্নীং লাঙতক্হল্লবা মরম চপচানা লৈরবসু মদুদা লাঙতক্নদববু 'ধীর' হায়বনি। মুপী-অঙাঙ মুংশিবগী থৌরিনা বিষয়-সুখ ফংহল্লিবা য়ুম্বান্বগী পুন্সিবু কনামত্তনা থাদোকপা ঙমদে। ইমুং মনুংবু মুংশিফম চাদনা মুংশিরুবা হায়বসিনা আত্মা-উপলব্ধিগী লম্বীদা অথিংবা অমা ওই। অদুবু কনাগুম্বনা ইমুং-মনুংগা লৈনরিবা মরিসে কাউথোকপা হেক ঙম্নবদি মহাকপু ধীর হায়বদি লাঙতক্নদবা কৌয়ি। অদুম ওইনমক অসিগুম্বা মকাউথোক্না নীঙবা-কায়রবা পুন্সিনা য়ুম্ফম ওইবা থাদোকপা (সন্ন্যাসযোগ) হায়বদুনি। অদুবু অসিগুম্বা থাদোকপবু লেঙদনা লৈহল্লগে হায়রবদি অশেঙবা সাধুশিংগা অমদি আত্মা-উপলব্ধি তৌরবা মীত্রাশিংগা সঙ্গ তৌরবত্তদা য়াগনি। অসিগুম্বা সৎ-সঙ্গনা তেঙবাঙলবা মগাক্তুদি ভগবান্গী প্রেমসেবা তৌদুনা লৈ। ভগবান্গী খুয়াথম্বান্দা ইশাবু থম্মোই-শেংনা কথোকপদি সেবাগী পুকচেল চেল্লবদদা য়াগদবনি। মসি ওইথোক্নদবদি ভগবান্গী শুদ্ধভক্তশিংগা সঙ্গ তৌবত্তনা ওইগনি। ধৃতরাষ্ট্রদি নীঙবা-কায়রবা পুন্সিদা মুক্তি পোকহন্নীঙাই সঙ্গ ওইবা য়াবা মনাওনুপা অমা ফংজবনা লাইবক-ফবা হায়বদু ওইরবনি।

শ্লোক ২৭

**যঃ স্বকাৎ পরতো বেহ জাতনির্ব্বেদ আত্মবান্।**
**হৃদি কৃত্বা হরিং গেহাৎ প্রব্রজেৎ স নরোত্তমঃ॥ ২৭॥**

শব্দার্থ

যঃ—মহাক; স্বকাৎ—মশা মতোমত্তনা; পরতঃ বা—নত্তগা অতোপ্পগী পাউতাক্না; ইহ—জগৎ সিদা; জাত—ওইরবা; নির্ব্বেদঃ—সংসারগী লম্ব্ুম পামদ্রবা; আত্মবান্—আত্মাবু খঙবা; হৃদি—থম্মোইদা; কৃত্বা—চেংনা কোল্লগা; হরিম্—শ্রীহরিবু; গেহাৎ—য়ুমদগী; প্রব্রজেৎ—চৎলবা; সঃ—মহাক নরোত্তমঃ—অথোইবা মীনি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

আত্মাবু খঙলবা কনাগুম্বা অমনা মরম্নাই ওইনা নম্রগা অতোপ্পগী পাউতাক তারুবদগী ওইরবস্নু সংসারসি অরেম্বনি অদুগা অরাবনি হায়রবদু খঙলদুনা শ্রীহরিবু থম্মোইদা চেৎনা কোম্লগা য়ুম থাদোক্লবদি মহাক্তো নরোত্তম (অথোইবা মী) কৌই।

নৈনরোল

পরমার্থ-থিবা মী মখল অহুম লৈ, মদুদি (১) ধীর হায়রবদি পরিবারবু থাদোক্লগা পূক্নীঙ-লৈতাবা ওম্নবা মী; (২) নীঙবা কায়রবদগী সন্ন্যাসী ওইরবা মী (৩) থম্মোইনুংদা লৈরিবা পরমেশ্বর ভগবান্গী মথক্তা মপুঙ ফানা নন্দুনা য়ুম থাদোক্লবা অদুগা শ্রবণ-কীর্ত্তন তৌদুনা কৃষ্ণভাবনাদা লৈরবা বিশুদ্ধ ভগবদ্ভক্ত। মসিগী ভাব হায়রববু অসিনি মদুদি—সংসার-বিষয়দা মনীঙ থুংত্রবা মতুঙদা লৌবা সন্ন্যাসদি আত্মা-উপলব্ধি ফংনবা লম্বীদা য়ৌনবা সিড়ি অমনি। অদুবু মুক্তিগী অয়ৌবী থাক্তি মী খুদিংগী থম্মোইনুংদা পরমাত্মা ওইনা লৈবা পরমেশ্বর ভগবান্গী মথক্তা পূম্নন্-নন্বা ওম্নবা হোৎনরবা মতমদা ফংগদবনি। কনাগুম্বনা য়ুমদগী থোকপ্রগা শূন্যা মম্নবা উমংদা লৈরুবা য়াই, অদুবু থম্মোই-চেৎপা ভক্তনদি উমংতুদা মহাক মথন্তা নত্তে হায়বা খঙঙী। পরমেশ্বর ভগবান্না মহাক্না লোয়নৈ অদুগা খ্দোং চাত্রবা মতাঙদা মাগী শুদ্ধ ভক্তবু ঙাকশেন্বী। মরমসিনা মীপুম খুদিংনা ময়ুমদা ভক্তি সাধন তৌবা তারে, মদুদা শুদ্ধ ভক্তশিংগা লোয়ননা ভগবান্গী নাম-গুণ-রূপ-লীলা অমদি মাগী পার্ষদশিংগী মরমদা শ্রবণ-কীর্ত্তণ তৌবগা লোয়নগদবনি। সাধনদুনা মাগী পূকচেল শেংবগী চাংদা মতুং ইন্না মাবু কৃষ্ণভাবনাদা লুপহন্গনি। ভক্তি-সাধনগী মতেঙনা লম্ছুম ফংগে নীঙলবদি পরমাত্মানা থম্মোই-খুদিংদা লৈরবস্নু অদুগুম্বা সাধক-না ভগবান্গী কৃপা ঙাইবা কৈদৌঙৈদস্নু য়ারোই। সংসারগী লম্ছুম ফংনবগীদমক ভগবান্বু পূজা তৌবা মীদুদদি ভগবান্না লম্বী অমতা তাকপিদে। অসিগুম্বা সংসার-বিষয়-পাম্বা ভক্তশিংদা ভগবান্না লম্ছুম কৃপা তৌবিবা য়াই, অদুগা মথোয়দুনা মথক্তা পন্থ্রবা নরোত্তমগী থাক অদু কদৌঙৈদস্নু য়ৌবা ঙম্মোই। অসিগুম্বা শুদ্ধ ভক্ত ময়ামগী খুদম পৃথিবীগী ইতিহাসদা ফংঙী, থোইদোক হেন্দোক্না ভারতবর্ষদা য়াম্না লৈ; মথোয়দুনা আত্মা-উপলব্ধিগী লম্বীদা ঐথোয়গী লমজিংবনি। মহাত্মা বিদুরদো ভগবান্গী অসিগুম্বা ভক্ত অচৌবা অমনি, অদুনা আত্মা-উপলব্ধিগীদমক মহাক্না খুদুং ইন্নবা ঐথোয় লোইনা হোৎনবা চুম্মী।

শ্লোক ২৮

**অথোদীচীং দিশং যাতু স্বৈরজ্ঞাতগতির্ভবান্।**
**ইতোঽর্বাক্ প্রায়শঃ কালঃ পুংসাং গুণবিকর্ষণঃ॥ ২৮॥**

শব্দার্থ

অথ—মরমসিনা; উদীচীম্—অবাং-থংবা; দিশম্—মায়কৈদা; যাতু—লেঙবিরো; স্বৈঃ—নঙগী মরী-মতাশিংনা; অজ্ঞাত—খঙদবা; গতি—খোঙচৎ; ভবান্—নহাক; ইতঃ—অসিগী তুংদা; অর্ব্বাক্—পুরক্লনি; প্রায়শঃ—অয়াম্বদা; কালঃ—মতম; পুংসাম্—মীশিংগী; গুণবিকর্ষণঃ—গুণ হম্থহনবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মরমসিনা নহাক্না মরীমতাবু তাক্তবমখৈ অবাং মায়কৈদা পাংবিরো, মরমদি থুনমক মতম্না মীওইবগী অকবা গুণশিংগী চাং হম্থহল্লনি।

### ঙৈনরোল

কনাগুম্বনা "ধীর" ওইবগা নত্রগা মরীমতাদা তাক্লমদুবমখৈ মতম চুপ্পা য়ুম থাদোক্লগা নীঙবা কায়বা পুক্নিংগী মাঙখিবা শক্তক মেনখৎপা ঙমগনি। হায়রিবা অসুম্বা থুনমক তৌনবগীদমক ময়াম্ভুহলদা বিদুরনা হন্থখি মরমদি য়াম্না থুনা কলিযুগ চঙলক্লগনি। বহুজীবনা মায়াগা সন্ন তৌবদগী লৈথা হায়রনা তারে, অদুনা কলিযুগদদি অমুক হেন্না মীওইবগী অফবা গুণশিংদু হুম্বা য়ারমখৈ হুম্বরগনি। ধৃতরাষ্ট্রবু কলিযুগ চঙলক্তৈদা য়ুম থাদোক্লবা পাউতাক পীরম্মী, মরমদি পুক্নিংগী থোক্লগদবা বাকমগী মরমদা বিদুরনা পীরম্বা মমল-য়াম্লবা পাউতাকশিংদো। য়াম্না নকশল্লক্লবা কলি যুগগী প্রভাব-না মাঙগনি। ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী মথক্তা পুম্নন-নল্লগা "নরোত্তম' ওইবা হায়বসি মীচম অমগীদি ওইথোকপা নত্তে। কনাগুম্বনা তৌরবা পাপ ময়ামগী অমকপশিংদু পুমশেং শেংনা কোক্লবা, অদুগুম্বা মীতাদনা পরমেশ্বর ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী মথক্তা পুম্নন্ নল্লবা ঙমগনি হায়না ভগবদ্গীতানা হায়রি (৭/২৪)। ধৃতরাষ্ট্রদো সন্ন্যাসী নত্রগা নরোত্তম ওইবা ঙমদ্রবসু অহানবদা ধীর অমদি ওইননবা বিদুরনা পাউতাকখি। আত্মা-উপলব্ধিগী লম্বীদা তত্ত্বা সাধন তৌবনা সাধক অমবু ধীর ওইরম্বদগী নরোত্তমগী থাক য়ৌবা ঙমহল্লী। ধীর ওইবগী থাক্তি মতম শাংনা যোগাভ্যাস তৌরগা ফংঙী, অদুবু বিদুরগী কৃপানা ধীর ওইবগী উপায় লৌরগে নীঙবতদা কনাগুম্বনা থাক অদু ফংবা ঙমগনি। থাক অসি সন্ন্যাসগীদমক শেমশানবা থাক্নি। সন্ন্যাসগী থাক্লা পরমহংসগীদমক হায়বদি ভগবান্গী পরম ভক্ত ওইনবগীদমক শেমশানবা থাক্নি।

### শ্লোক ২৯

**এবং রাজা বিদুরেণানুজেন প্রজ্ঞাচক্ষুর্বোধিত আজমীঢ়ঃ।**
**ছিত্ত্বা স্বেষু স্নেহপাশান্দ্রঢ়িম্নো নিশ্চক্রাম ভ্রাতৃসন্দর্শিতাধ্বা ॥ ২৯ ॥**

### শব্দার্থ

এবম্—মতৌ অসুম্না; রাজা—মহারাজ ধৃতরাষ্ট্র; বিদুরেণ অনুজেন—মনাওনুপা বিদুরনা; প্রজ্ঞা—জ্ঞান; চক্ষুঃ—মীৎ; বোধিতঃ—থঙলবা; আজমীঢ়ঃ—অজমীঢ়গী খাইদোংবা পোকপা; ছিত্ত্বা—থদৎতুনা; স্বেষু—মাগী ওইবা মীশিংদা; স্নেহপাশান্—মুংশিবগী থৌরীনা; দ্রঢ়িম্নঃ—চেংনা ফাবা মরম্না; নিশ্চক্রাম—থোক্তুনা চৎখি; ভ্রাতৃ—মনাওনুপা; সন্দর্শিত—উৎলবা; অধ্বা—মোক্ষগী লম্বী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতৌ অসুম্না মনাও বিদুরনা পাউতাক পীবদগী জ্ঞানগী মীৎওইবা (হায়বদি মীত্তাঙবা) অজমীঢ়-বংশগী মহারাজ ধৃতরাষ্ট্রনা মোক্ষগী লম্বীদু ময়ূৎতানা য়ানীদ্রনা খুদন্দা মাগী অচেৎপা বারেপ লৌরগা কল্লবা পরিবার-স্নেহগী (মুংশিবগী) থৌরী থদৎতুনা মনাওনুপা বিদুরনা তাক্লবা মোক্ষগী লম্বীদা চৎনবগীদমক য়ুম থাদোকখি।

### ঙৈনরোল

শ্রীমদ্ভাগবতমগী ধর্ম্ম শব্দোক্লবা ভগবান্ শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা ভগবান্গী ভক্ত সাধুশিংগা সঙ্গ তৌনবনি হায়না কল্লা পাউতাক্লমী। মহাত্মা হায়রবদি শুদ্ধ ভক্ত অমগা মীখৎপা অমতং সঙ্গ তৌবনা কাঙবা সর্ব্বসিদ্ধি ফংবা ওম্মী হায়রসিনি॥ হাররিবা মহাত্মসি ঐখোয়গী পুক্নিংদা থোক্লিবনি

হায়বছ্‌ ঐখোয়না য়াবদা করিমতা ঈকাইদে। শ্রীমদ্‌ ভক্তিসিদ্ধান্ত সরস্বতী গোস্বামী মহারাজনা মিনিট খরদং অহানবা উনখিবছুদা ঐখোয়বু চানবিরমজ্রবদি ঐখোয়না শ্রীমদ্ভাগবতম্‌ ইংরাজী লোন্দা হন্দোকুনা বর্ণনা তৌবগী থবক পায়খৎলুবসি ওইথোক্লম্লোইদৌবনি। মহুগুম্বা খুদোংচাবা পুণ্ডকর্মদা মহাকপু উদ্রগা লল্লোন-ইতিক তোবা অচোবা মী অমা ওইরবস্তু য়াই, অহুবু মুক্তিগী লম্বীদা চৎপা অমস্তুং মহাক্কী পাউতাক ইন্দুনা ভগবান্‌গী সেবাদা চঙলম্বা কদোইদেস্তু ওম্লোইদবনি। মহুগী চানবা থোক্‌-খিবা খুদম অমনা ধৃতরাষ্ট্রনা বিদুরগা সঙ্গ তৌবগী ফল অসিনি। মহারাজ ধৃতরাষ্ট্রহু রাজনীতি, অমস্তুং পরিবারদা লৈবা আসক্তিগা মরীলৈনবা মায়া-জাল ভাক্কা চেৎনা পুল্লম্লবনি; মাগী থৌরাং-শিংহুদা মহে য়ানবা হায়না হায়নবা ময়ান্দু ফংননবা মানা ওমজবমথে হোৎনরম্লবনি, অহুবু মায়াগী কর্ম্মশিংহু হৌবদগী লোইবফাওবা নীঙবা কায়বা নত্তুনা করিমতা ওইখিদে। মদোর্মদা মহে য়াদ্রবা পুন্সি ওইন-ওইনমক ভগবান্‌গী শুদ্ধ ভক্ত অমগী শাফু-কল্লবা পাউতাক্কী মপাল্লা থাইদগী হেন্‌না মহে ময়ান্‌ আত্মা-উপলব্ধি হায়বহু ওইখি। ভগবান্‌গী শুদ্ধভক্তদি লশেঙবা সাধু জাত্তানি। অতৈ সঙ্গ জাৎ পুম্নমক থাদোকুনা সাধুদগা সঙ্গ তৌগদবনি হায়বহু শাস্ত্রশিংনা তাক্লি; সাধুসঙ্গ তৌরবদি সাধুশিংহুদগী কৃষ্ণকথা শ্রবণ তৌবগী সুবিধা মরাও কায়না ফংগনি। মরমদি সাধুশিংদি মায়িক জগৎকী স্নেহ-বন্ধন হায়বহু মচেং তানা ককথৎপা ঙম্মী। প্রাকৃত জগৎদি অচোব মায়ানি হায়বসি অওইবা বানি, মরমদি পোৎ খুদিংমক মকমসিদা ওইগদৌবোই মাল্লী অহুবু ঙাইহাক্কী মমুঙদা সমুদ্রগী কোলোন তাকপগুম অমদি অতিয়াগী অমঙবা নোংনা পাইথোকখিবগুম তুংকোইবা অওইবা অমতা ওইদবমথে মাঙজী। অতিয়াদা মংবা নোং অহু অহুম লেঙদবা অমা ওইগদৌবোই ওইনা উই, মরমদি নোং চুরক্লিবনিনা। নোং চুবা মরম্না মতম খরগীদমক মনা-মশীঙ পুম্নমক ইশং-শংঙী, অহুবু মতমহুনা গুরবদি পোলোইদা অমঙবা নোংস্তু অচুবা নোংস্তু অহুগা হৌরিবা মনামশীঙ অশংবা পুম্বা মাঙজী। অহুবু অতিয়াদি অহুম মরৈ, অহুগা অতিয়াগী ওাল্লিবা থবায়মচাক্‌চিংবস্তু অহুম মতম চুপ্পা মরৈ। মতৌ অহুগুম্না, অতিয়াগা চাংদম্নরিবা পরতত্ত্বস্তু (পরমসত্যস্তু) নিত্য ওইনা মরৈ অহুগা অনিত্য ওইবা অহুগুম্না, অতিয়াগা চাংদম্নরিবা পরতত্ত্বস্তু (পরমসত্যস্তু) নিত্য ওইনা মরৈ অহুগা অনিত্য ওইবা অহুগুম্না, মায়াদি অমূক লাক অমূক চৎ তৌই। অপঙবা জীবশিংবু খাঙথকী নোংমংনা শুম্মী, অহুবু অশিংবা জীবশিংদি নিত্য ওইবা (লেঙদবা) অতিয়াগা হেন্না মরী লৈনৈ।

শ্লোক ৩০

**পতিং প্রয়ান্তং সুবলস্য পুত্রী পতিব্রতা চানুজগাম সাধ্বী।**
**হিমালয়ং ন্যস্তদণ্ডপ্রহর্ষং মনস্বিনামিব সৎ সম্প্রহারঃ ॥ ৩০ ॥**

শব্দার্থ

পতিম্‌—মপুরোইবা; প্রয়ান্তম্‌—য়ুম থাদোকুনা চৎলিবা; সুবলস্য—সুবল নিংথৌগী; পুত্রী—মচানুপী; পতিব্রতা—মপুরোইবা নীংবী; চ—সু; অনুজগাম্‌—তুং ইল্লম্মী; সাধ্বী—মচৎ য়ম্বী; হিমালয়ম্‌—হিমালয় চীঙদা; ন্যস্তদণ্ড—সন্ন্যাসীগী দণ্ড (চৈ) লৌরবা; প্রহর্ষম্‌—হরাওহনবা; মনস্বিনাম্‌—লান্দা থৌবশিংগী; ইব—গুম্না; সৎ—ন্যায্য (হোনবা); সম্প্রহারঃ—চৈথা (লানগী চৈথা)।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

১। মপুরোইবা নীংবী অমচৎ য়মবী সুবল নিংথৌগী মচানুপী গান্ধারীনা সন্ন্যাসীশিংগী নুংঙাইবা পীবা হিমালয়গী মায়কৈ থাজবহু উরগা লান্না-থৌবা মীগী চৈথাগুম্না মপুরোইবগী তুং ইল্লম্মী।

### দৌনবোল

সুবল নিংথৌগী মচানুপী অদুগা ধৃতরাষ্ট্র নিংথৌগী ভাবোই সুবলিনী মৎত্রগা গান্ধারীদু মপুরোইবা নীংবী মুপী অমা ওইনা খনবিরম্লি। বৈদিক সভ্যতানা মপুরোইবা-নীংবী লমচৎ ফজবী মুপী ওইহন্নবা মুপীশিংবু শেম শাবি; মথোয়গুম্বা ইতিহাসদা পল্লিবা মুপীশিংগী মরুওদা গান্ধারীসু অমনি। লক্ষ্মীজি সীতা দেবীসু অচৌবা নিংথৌ অমগী মচানুপীনি, অদুবু মপুরোইবা প্রভু রামচন্দ্রনা বনদা লেংবা মতমদা তুং ইল্লম্মী। মুপী অমা ওইনা গান্ধারীসু য়ুমদা লৈহৌবা অমা মৎত্রগা মপামদা লৈহৌবা অমা য়াবনি, অদুবু লমচৎ ফজবী অমসুং মপুরোইবা নীংবী অমা ওইনা রাখল খল্লুবা লৈতনা মপুরোইবগী তুং ইনখি। সন্ন্যাস-ধর্ম্ম লৌননবা বিদুরনা ধৃতরাষ্ট্রদা পাউতাক পীরম্বা মতমদা গান্ধারীদু মপুরোইবগী নাক্তা লৈরম্মী। অদুবু মহাক্কী তুং ইল্লকউ হায়না মানা গান্ধারীদা হায়রমদে, মরমদি মতম অদুদা মহাক্কি লানফমদা খুদোংথিবা মথল পূম্নমক মায়-য়োক্নবা লাক্মী অচৌবা অমগুম্না মপূক্নীং চপ য়ুংলম্মী। মহাক অমুক মুপী-নহা অমদি মরী-মতানি হায়বা শারিবা কনামতদা মপূক্নীং লৈশল্লমদ্রে, অদুনা মহাক মথন্তমক চৎলগে হায়না লেপ্লম্মী। অদুবু পতিব্রতা ওইবী অমা ওইবমিনা গান্ধারীনা শিবগী মতম লাক্তুরবকাংবা মপুরোইবগী তুং ইনগে হায়না থারেপখি। মহারাজ ধৃতরাষ্ট্রদু বানপ্রস্থ আশ্রম লৌরম্লে, আশ্রমসিদদি মুপীনা মপুরোইবগী সেবা তৌনীংলবদি লোয়ননা লৈবা য়ানৈ; অদুবু সন্ন্যাস আশ্রমদদি মপুরোইবা ওই-রম্বদুগা লৈমিন্নবা য়াদে। সন্ন্যাসী অমবু ময়ামগা মরী লৈনবগী মতাংদদি শিরবা মী অমনি হায়না লৌনৈ, মরমদুনা মাগী ওইরম্বা মুপীনা মাগা মরী লৈনবদা লুপ্রাবী অমনি হায়না লৌদুনা মপুরোইবগা ককিপুম্বা অমতা শন্নবা য়াদে। মহারাজ ধৃতরাষ্ট্রনা মপুরোইবা নীংবী মুপীদুবু লাকনু হায়রমদে, মুপীসু মরাচা ওইনা মুপাগী তুংইনজরম্বনি।

সন্ন্যাসীশিংনা সন্ন্যাস ধর্ম্মগী চিহ্ন ওইনা চৈশাং অমা লৌই। সন্ন্যাসীগী মথল অনীনি। শ্রীপাদ শঙ্করাচার্য্যনা লুচিংদুনা মায়াবাদী দর্শনগী তুং-ইনবা সন্ন্যাসীশিংনা দণ্ড (চৈশাং) অমত্তমক (একদণ্ড) লৌই, অদুগা বৈষ্ণবদর্শনগী তুংইনবা সন্ন্যাসীশিংনা দণ্ড অহুম (ত্রি-দণ্ড) লৌই। মায়াবাদী সন্ন্যাসীশিংনা একদণ্ডি-স্বামীনি অদুগা বৈষ্ণব সন্ন্যাসীশিংনা ত্রিদণ্ডি স্বামী হায়না খঙনৈ, ত্রিদণ্ডি গোস্বামী হায়নসু খঙনৈ মরমদি মিংদাসিনা মায়াবাদী দার্শনিকশিংগা খেন্নবদু মাচা থান্নবা উৎপা য়াননবনি। একদণ্ডি স্বামীশিং অয়াম্বনা হিমালয়দা লৈবা পাম্মী, অদুগা বৈষ্ণব সন্ন্যাসী-শিংনা বৃন্দাবন অমসুং পুরীবু পাম্মী। বৈষ্ণব সন্ন্যাসীশিংনা নরোত্তম ঙাক্কি অদুগা মায়াবাদী সন্ন্যাসীশিংনা নীর হায়বদুনি। মহারাজ ধৃতরাষ্ট্রবু থীরশিংগী তুং ইন্নবা পাউতাক্লম্মী মরমদি মতাং অদুদা নরোত্তম ওইবদি অহানবদি রাখা থোকনি।

### শ্লোক ৩১

**অজাতশত্রুঃ কৃতমৈত্রো হুতাগ্নির্বিপ্রান্ নত্বা তিলগোভূমিরুক্মৈঃ।**
**গৃহং প্রবিষ্টো গুরুবন্দনায় ন চাপশ্যৎ পিতরৌ সৌবলীং চ ॥ ৩১ ॥**

### শব্দার্থ

অজাত—পোক্তিবা; শত্রুঃ—য়েক্নবা; (অজাতশত্রুঃ—যুধিষ্ঠির); কৃত—তৌরবা; মৈত্রঃ—দেবতা-শিংবু ইরাৎপা; হুতাগ্নিঃ—মৈদা হোমা কৎলবা; বিপ্রান্—ব্রাহ্মণশিংদা; নত্বা—খুৎশাদুনা; তিল-গো-ভূমি-রুক্মৈঃ—চেংথোইদিং, শন-অহোম, লম, অমসুং সনাগা লোয়ননা; গৃহম্—য়ুমদা; প্রবিষ্টঃ—চঙখি;

গুরুবন্দনায়—গুরুজনশিংবু খুরুম্নবগীদমক; ন—নে; চ—সু; অপশ্যৎ—উখি; (ন অপশ্যৎ—উখিদে) পিতরৌ—মপাগা মখুড়াগা; সৌবলীম্—সুবলগী মচানুপী গান্ধারী; চ—সু।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শেক্রুবা-লৈতবা মহারাজ যুধিষ্ঠিরনা অয়ুক্তী লাই-খুরুম্বা লোইহনা মৈদা হোম কংলগা ব্রাহ্মণশিংদা চেঙ-থোইদিং, শন অমোম, লম অহুগা সনা দান তৌহনা খুরুম্নগা গুরুজনশিংবু খুরুম্নগে হায়হনা সঙ্গাই মনুংদা চংখিরম্মী। অদুবু মপাল মখুড়া অনীগা সুবল-নিংথৌগী মচানুপী গান্ধারীগবু উবমদে।

### নৈনরোল

মহারাজ যুধিষ্ঠিরদি খ্বাইদগী হেন্না ধর্ম্ম-চেনবা নিংথৌনি, মরমদি মহাক মশামক্তা নিতিগী গৃহস্থশিংনা তৌগদবা ধর্ম্ম-কর্ম্মশিংহ তৌরম্মী। গৃহস্থশিংনা অয়ুক ঙন্না হৌগৎকদবনি, অহুগা স্নান তৌরবা মতুংদা য়ুমদা লাইমযাম স্তুতি তৌহনা খুরুম্নগদবনি, মৈদা হোম কংকদবনি, অহুগা ব্রাহ্মণশিংদা লম, শন, চেঙ-চাক, সনামচিংবা দান তৌগদবনি, অহুদগী ইকোন কোনুংদা অহল-লমব লাইগুরুজনশিংবু খুরুম্নগদবনি। শাস্ত্রদা তাক্লিবা বিধিশিংহ লাইরিক পাহনা খঙলগা থবক ঙৈনা পাঙথোকপা মীহুদি অফবা মী কৌবা য়াদে। হৌজিকালগী গৃহস্থশিংদি মথক্তা হায়রিবা শাস্ত্রসিগা ওন্ন-তৈনবা ঙাক্তা তৌরে, হায়বদি য়াহো থেঙনা হৌয়ি, মথক্তা হায়রিবা মশা-মউ শোংদোক-থোক্তোকপা তৌদবমথৈ চমোৎ-চমোৎনা কয়ুংদা চা ফাজী। য়ুম অমগী অঙাঙশিংনা মথোয়গী অহল-অমনুশিংনা তৌরদো অহুম ইজী; মরমহনা মীয়োল পুম্নমক অমতা থাক্কবমথৈ নরক মায়কৈ তম্মী। মথোয়সিনা সাধুশিংগা সঙ্গ তৌত্রবদি মথোয়হুদগী করিগুম্বা অফবা অমত্তা. আশা তৌনীঙাই লৈতে। ধৃতরাষ্ট্রনা তৌবগুম্না সংসারীশিংনা বিদুরগুম্বা সাধুদগী পাউতাক লৌরগা হৌজিকালগী পুন্সি মরেল অসিদগী নাম্থোক্কবা তৌবা চুম্মী।

মহারাজ যুধিষ্ঠিরহু সঙ্গাই মনুংদা মপালগা মখুড়াগা হায়বদি ধৃতরাষ্ট্রগা বিদুরগবু অহুগা সুবলগী মচানুপী গান্ধারীগবু থেংনখিদে। মহাক্না মথোয়বু য়াম্না উনীঙম্মী, মরমহনা ধৃতরাষ্ট্রগী মন্ত্রী সঞ্জয়দা হংলম্মী।

### শ্লোক ৩২

**তত্র সঞ্জয়মাসীনং পপ্রচ্ছোদ্বিগ্নমানসঃ ।**
**গাবল্গণে ক্ব নস্তাতো বৃদ্ধো হীনশ্চ নেত্রয়োঃ ॥ ৩২ ॥**

### শব্দার্থ

তত্র—মফমদুদা; সঞ্জয়ম্—সঞ্জয়দা; আসীনম্—ফমলবা; পপ্রচ্ছ—হংখি; উদ্বিগ্ন-মানসঃ—পুক্নীঙ লাঙতক্কবা; গাবল্গণে—গবল্গনগী মচানুপা; ক্ব—কদায়দা; নঃ—ঐখোয়গী; তাতঃ—খুপাল; বৃদ্ধঃ—অহল ওইবা; হীনঃ—য়াওদ্রবা; চ—সু; নেত্রয়োঃ—মীৎ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

পুক্নীঙ লাঙতক্কবা মহারাজ যুধিষ্ঠিরনা মফমদুদা ফমলবা সঞ্জয়দা হংলম্মী—"হে গবল্গনা মোকপা সঞ্জয়, ঐখোয়গী অহল্লবা মীৎ-উদ্রবা ইপালহু কদায়দা লৈ ?"

## শ্লোক ৩৩

**অম্বা চ হতপুত্রার্ত্তা পিতৃব্যঃ ক গত সুহৃৎ।**
**অপি ময়্যকৃতপ্রজ্ঞে হতবন্ধুঃ সভার্য্যয়া।**
**আশংসমানঃ শমলং গঙ্গায়াং দুঃখিতোঽপতৎ ॥ ৩৩ ॥**

### শব্দার্থ

**অম্বা**—ইমা (ইম্‌াহন্); **চ**—সু; **হতপুত্রার্ত্তা**—মচা পুম্নমক শিথ্রবা; **পিতৃব্যঃ**—খুড়াতোন বিদুর; **ক**—কদায়দা; **গতঃ**—চৎখ্রে; **সুহৃৎ**—য়াইফবা-নীঙবা; **অপি**—বরা; **ময়ি**—ঐঙোন্দা; **অকৃতপ্রজ্ঞে**—তৌবিমল খঙদবা; **হতবন্ধুঃ**—মচা পুম্নমক শিথ্রবা; **সঃ**—মহাক (ধৃতরাষ্ট্র); **ভার্য্যয়া**—মুপীগা; **আশংসমানঃ**—চিংনরবা পূকচেন্দা; **শমলম্**—দোষ ময়াম; **গঙ্গায়াম্**—গঙ্গাগী লাইজমুংদা; **দুঃখিত**—থবাই-মুংঙাইতদুনা; **অপতৎ**—চোংথপ্রবরা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ঐগী য়াইফনবা নীঙবা খুড়াতোন বিদুর কদায়দা লৈ, অদুগা মচা পুম্নমক শিথিবগী বাজরবী ইমা গান্ধারীনা কদায়দনো? ইপল ধৃতরাষ্ট্রসু মচা মশূ পুম্নমক শিথিবনা থবাই মুংঙাইত্রবনি। তশেংনমক ঐসে তৌবিমল খঙদবনি। মরমদুনা মহাক্না ঐগী ইরান থিবিকপু য়াম্না কম্না বারৌরবরা, অদুনা মুপীগা লোয়ননা গঙ্গাগী লাইজমুংদা চোংথপ্রবরা?

### নৈনরোল

পাণ্ডবশিং থোইদোক-হেন্দোর্না মহারাজ যুধিষ্ঠিরগা অর্জ্জুনগনা কুরুক্ষেত্রগী লান মতুংদা ওইরগদবা যল পুম্নমক অদু হান্নবা উরম্মী। মরমদুনা অর্জ্জুন্না লংল তৌনীংলমদবনি। ভগবান্‌গী ইচ্ছাদগী লান্দি তৌখ্রে, অদুগা ইমুংগী কায়নমৈচাকী বাদি মখোয়না হান্না থনথিবদুমক থোকথি। মহারাজ যুধিষ্ঠিরনা মপল ইবুংঙো ধৃতরাষ্ট্র অমসুং মন্নান গান্ধারীগী মুংঙাইতবা ফীভমগী মতম পুম্বদা, থন্দুনদা লৈরম্মী, মরমদুনা মখোয়নিনা অহন ওইশল্লকপনে অদুগা মথবাই মুংঙাইতনগা লৈবদুদা মখোয়গীদমক যতন য়াম্না তৌথি। মরমসিনা মহাক্না মপলগা মন্নানগা অনীবু সঙ্গায়দা লৈরমদবদুদা, মশানা চিংনকম থোকপনিনা মহাক্না চিংনরম্মী। মখোয় গঙ্গা-তুরেন্দা চোংথপ্রবরা হায়না মগাক্না থনথি। মহাক মশামকপু তৌবিমল খঙদবনি হায়না খল্লম্মী, মরমদি পাণ্ডবশিংগী মপাবুঙ লৈত্রবা মতমদা মহারাজ ধৃতরাষ্ট্রনা নিংথৌমচা ওইনা হিংনবগী সুবিধা পুম্নমক পীখি, অদুগী মহুত্তা মচাশিংবু কুরুক্ষেত্রগী লানদা লোইনা হাংথি। ধর্ম্ম লৈবা মী অমা ওইনা মহারাজ যুধিষ্ঠিরনা মাগী নাম্বোক য়াদবা ফত্তবা থবকশিংবু নীংশিংলম্মী অদুগা ধৃতরাষ্ট্রগা মাগী মীশিংগনা তৌরিবা ফত্তবা থবকশিংবুদি মহাক্না খল্লুবা তৌরমদে। ধৃতরাষ্ট্রনা মাগী ফত্তবা থবকশিংগীদমক ভগবানগী ইচ্ছা মতুঙ ইন্না অবাবা নংথিবনি, অদুবু মহারাজ যুধিষ্ঠিরনা মানা নাম্বোকপা য়াদবদগী তৌথিবা ফত্তবা থবক্তুদা থন্দুনা লৈরম্মী। মী অফবগী অমসুং ভগবদ্ভক্তগী স্বভাবতি অদুনি। ভক্তনা অতোপ্পগী মরাল থিদে, অদুগী মহুত্তা মাগী মরালদুম থিদুনা লৈ, মতৌ অসুম্না থিবনা য়ারিবমখৈ মরালশিংদু চুমথোকই।

শ্লোক ৩৪

**পিতর্য্যুপরতে পাণ্ডৌ সর্ব্বান্ নঃ সুহৃদঃ শিশূন্।**
**অরক্ষতাং ব্যসনতঃ পিতৃব্যৌ ক্ব গতাবিতঃ ॥৩৪॥**

শব্দার্থ

পিতরি—ইপানা; উপরতে—লৈখিড্রবদা; পাণ্ডৌ—মহারাজ পাণ্ডু; সর্ব্বান্—পুম্নমক; নঃ—ঐখোয়; সুহৃদঃ—য়াইফনবা থনবীবা মীশিং; শিশূন্—অপিকপা অঙাঙশিং; অরক্ষতাম্—কনখি; ব্যসনতঃ—খুদোংথীবা পুম্নমক্তগী; পিতৃব্যৌ—মপলগা মখুড়াগা; ক্ব—কদায়দা; গতৌ—চৎখ্রবগে; ইতঃ—মফমসিদগী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ঐখোয়গী পিতৃদেবনা স্বর্গত ওইখ্রবা অদুগা ঐখোয়না অঙাঙ অপিথক ওইদুনা লৈরিঙৈ মতমদা খুদোং-থীবা পুম্নমক্তগী ঐখোয়বু ইপলগা ইখুড়াগা অনীনা কনবিখি। হাই হাই, মখোয়দুবু মফমসিদগী কদায়দা লেঙখ্রবনো?

শ্লোক ৩৫

সূত উবাচ

**কৃপয়া স্নেহবৈক্লব্যাৎ সূতো বিরহকর্শিতঃ।**
**আত্মেশ্বরমচক্ষাণো ন প্রত্যাহাতিপীড়িতঃ ॥ ৩৫॥**

শব্দার্থ

সূতঃ উবাচ—সূত গোস্বামীনা হায়রম্মী; কৃপয়া—মুংশিবিদুনা; স্নেহ-বৈক্লব্যাৎ—মুংশিবদগী পুক্নীং লাঙখিবনা; সূতঃ—সঞ্জয়না; বিরহকর্শিতঃ—কায়নমৈচাক্লা চাকখিবনা; আত্মেশ্বরম্—ইবুংঙোবু; অচক্ষাণঃ—উদ্রবদা; ন—দে; প্রত্যাহ—পাউখুম পীরম্মী; (স প্রত্যাহ—পাউখুম পীরমদে); অতি-পীড়িতঃ—থবাই বামনখিবনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সূত গোস্বামীনা হায়রম্মী—সঞ্জয়দু মবুংঙো ধৃতরাষ্ট্রবু উদবদগী থুপা (মুংশিবিবা) অমসুং স্নেহনা (মুংশিবনা) মবুক্নীং লাঙজক্লখিবনা য়াম্না বাবদগী হেক হংঙকপদা পাউখুম পীরমদে।

নৈনরোল

সঞ্জয় মতম য়াম্না কুইনা মহারাজ ধৃতরাষ্ট্রগী শাগোম্নবা সচিব-নি। অদুনা ধৃতরাষ্ট্রগী পুন্সি নৈনবগী সুযোগ অদু মহাক ফংখি। ধৃতরাষ্ট্রনা য়ুম থাদোকপদু মহাক্লা খঙহৌদবদুদা মাগী অবাবগী পন্দোম লৈরমদে। মহাক ধৃতরাষ্ট্রবু মুংশিবিরম্মী মরমদি কুরুক্ষেত্রগী লান্দা মীপুম লল্লু লোই-নমক ধৃতরাষ্ট্রগী মাঙখ্রবনি, অদুগা কায়নথংদা লৈম-নিংথৌ অনীনা নিঙবা পুঙকায় কায়বদগী য়ুম থাদোকপা তাখি। ধৃতরাষ্ট্রনা য়ুম থদোকপগী মরমদু মাগী থোকপা মওংদা থল্লম্বনি, মরমদি মহাক্লা ধৃতরাষ্ট্রগী পুক্নিঙগী মীৎয়েংদু বিদুরনা হোংহনখ্রে অদুগা অমম্বা কুহাগুম্বা য়ুমদগী চৎখ্রগা হেন্না ফবা পুন্সি অমা লেল্লনবগীদমক মথবাই হরাও হরাওনা য়ুম থাদোকখিবনি হায়বদু খঙলমদে। হৌজিক লেল্লিবা পুন্সিসে থাদোক্লগা হেন্না ফবা পুন্সি অমা লেল্লগনি হায়বসিবু থাজহন্বা ঙমদ্রবদি কনানসু ফিজেৎ হোংলগ। য়ুম থাদোক্লগা ঙাক সন্ন্যাসীগী পুন্সিদুবু চু পায়বদোনা পায়দুনা লৈবা ঙম্মোই।

### শ্লোক ৩৬

**বিমৃজ্যাশ্রূণি পাণিভ্যাং বিষ্টভ্যাত্মানমাত্মনা।**
**অজাতশত্রুং প্রত্যুচে প্রভোঃ পাদাবনুস্মরন্ ॥ ৩৬ ॥**

শব্দার্থ

বিমৃজ্য—তৈথোক্লগা; অশ্রূণি—পিরাং; পাণিভ্যাম্—মখুৎনা; বিষ্টভ্য—ভপ্‌থহন্দুনা; আত্মানম্—পূক্নীংবু; আত্মনা—বুদ্ধিনা; অজাতশত্রুম্—মহারাজ যুধিষ্ঠিরদা; প্রত্যুচে—খুমখি; প্রভোঃ—মবুংঙোগী; পাদৌ—খোঙ অনীবু; অনুস্মরন্—নিংশীংহুনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অদুগী তুংদা মখুৎ অনীনা পিরাং তৈথোক্লগা, বুদ্ধিনা মাগী মন অদু কাজল্লগা মবুংঙো ধৃতরাষ্ট্রগী মখোঙ অনীদুবু নিংশিং নিংশিংনা য়েক্লবা-পোক্লি্‌বা যুধিষ্ঠিরদা পাউখুম খুমলম্মী।

### শ্লোক ৩৭

**সঞ্জয় উবাচ**
**নাহং বেদ ব্যবসিতং পিত্রোর্বঃ কুলনন্দন।**
**গান্ধার্য্যা বা মহাবাহো মুষিতোহস্মি মহাত্মভিঃ ॥৩৭ ॥**

শব্দার্থ

সঞ্জয়ঃ উবাচ—সঞ্জয়না হায়রম্মী; ন—দে; অহম্—ঐহাক; বেদ—খঙই; (ন বেদ—খঙদে); ব্যবসিতম্—অনীংবদু; পিত্রোঃ—নপাবুঙ অনীগী (বিদুরগা ধৃতরাষ্ট্রগগী); বঃ—নখোয়গী; কুলনন্দন—হে শাগৈবু নুংঙাইহনবা; গন্ধার্য্যাঃ—গান্ধারীগী; বা—নত্রগা; মহাবাহো—হে পাম্বোম-লিংবা; মুষিতঃ—খঙহল্লমদবা; অস্মি—ঐ ওইরি; মহাত্মভিঃ—মহাত্মাশিংহুনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সঞ্জয়না হায়রম্মী—হে কুরুশাগৈবু নুংঙাইহল্লিবা! নখোয়গী নপাবুং অনীগী অদুগা গান্ধারীগী অনীঙবা করিনো হায়বা ঐদি খঙদে। হে পাম্বোম-লিংবা নিংথৌ! মহাত্মাশিংহুনা ঐঙোন্দা করিমতা খঙহল্লমদরে (মীনম্-শোরিরম্রে)।

নৈনরোল

মহাত্মাশিংনা মী অতৈদা মীনম-শোরিশল্লী হায়বসি ঙক্লঙাইনি, অদুবু মহাত্মাশিংনা মহান্ উদ্দেশ্য অমগীদমক মী অতৈদা মীনম-শোরিশল্লী হায়বসে অচুম্বা বানি। ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনা মহারাজ যুধিষ্ঠিরবু দ্রোণাচার্য্যগী মমাঙদা ওইদবা ঙাঙনবা পাউতাক পীখি হায়, মদুসু মহান্ উদ্দেশ্য অমগীদমক্তি। মীনম্বা ঙাঙবদু ভগবান্না পায়রম্মী, মহাক্না পাম্বদুনা মহান্ উদ্দেশ্য অমনি। অওইবা মীনি নত্তে হায়বগী খঙ্জেদি ভগবান্‌বু পেল্‌হন্‌বনা ওইরিবনি। পুন্সিগী বাংলেন্-বাংবা সিদ্ধিদি কনাগুম্বনা মথৌ পাঙথোক্লগা ভগবান্‌বু পেল্‌হনবনি। মদু গীতাগী (১৮।৪৬) অদুগা ভাগবতম্‌গী (১।২।১৩) মত-নী। সঞ্জয়দু ধৃতরাষ্ট্রগী শাগোম্রবা সচিব ওইনা মতম পুম্নমক্তা লোয়নরবসু ধৃতরাষ্ট্রগা বিদুরগনা গান্ধারীনা তুং ইল্লগা চৎলমদাইদা সঞ্জয়দা মহাকী অনিংবদু তাক্লমদে।

ধৃতরাষ্ট্রনা সঞ্জয়গা বা তানরমদনা করিগুম্বা থবক অমা তৌগনি হায়বসি সঞ্জয়না কদৌঙৈদস্নু থল্লমদে। অদুবু ধৃতরাষ্ট্রনা য়ুমদগী চৎপসি কয়ামুক লোম্না চৎপগে হায়ববু বাদো সঞ্জয় ফাওবদা তাক্লমদে । সনাতন গোস্বামীসু কৈগুমশঙগী শঙলাকপদা মীনম শোরিশন্থী শ্রীচৈতন্য মাহাপ্রভুগী দর্শন ফংলুনবগীদমক্তা মতৌ অদুম্না রঘুনাথ দাস গোস্বামীসু পূজারিদা মীনমশল্লগা ভগবান্বু পেলহন্নবগীদমক পুন্সি চুপ্পা য়ুম থাদোকখি । ভগবান্বু পেলহন্নবগীমক্তি থবক খুদিংমক ফরে মরমদি থবক অদো পরম সত্য হায়বদুগা মরী লৈনৈ। ঐথোয়স্নু ইমুংগী মীশিংদা মীনমশল্লগা শ্রীমদ্ভাগবতম্গী সেবাদা লুপ্নবগীদমক য়ুম থাদোকপগী সুযোগ অদুমক ফংখি। অসিগুম্না মীনম-শন্বসি মহান উদ্দেশ্যগীদমক্তি তৌদবা য়াদে, অদুনা অসিগুম্বা দিব্য ওইবা লৌনম্না কনাগুম্বা অমতগী অমাঙবা ওইদে ।

## শ্লোক ৩৮

**অথাজগাম ভগবান্ নারদঃ সহতুম্বুরুঃ ।**
**প্রত্যুত্থায়াভিবাদ্যাহ সানুজোঽভ্যর্চয়ন্মুনিম্ ॥ ৩৮ ॥**

### শব্দার্থ

অথ—অদুগী তুংদ; আজগাম—লেঙঙকখি; ভগবান্ নারদঃ—ভগবান্ নারদনা;সহতুম্বুরুঃ—তুম্বুরুগা লোয়ননা; প্রত্যুত্থায়—ফম্ফমদগী হৌগৎলগা; অভিবাদ্য—তরাম তরাম কৌরগা; আহ—হঙ্গখি; স-অনুজঃ—মনাওশিংগা লোয়ননা; অভ্যর্চ্চয়ন্—পূজা তৌদুনা; মুনিম্—মুনিবু ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সঞ্জয়না ঙাওলিঙৈগী মতমদা ভগবদ্ভক্ত শ্রীনারদনা মাগী তুম্বুরুগা লোয়ননা লেঙলকখি । মহারাজ যুধিষ্ঠিরনা মনাওশিংগা লোয়ননা ফম্ফমদগী হৌগৎলগা মুনিবু তরাম তরাম ওক্লগা পূজা তৌখি।

### নৈনরোল

দেবর্ষি নারদবু শ্লোকসিদা ভগবান্ হায়না হায়রি মরমদি মহাক ভগবান্গী খ্বাইদগী থ,প্লেন থুপ্পা ভক্তনি । ভগবান্গা মাগী অথুপ্পা ভক্তগবু ভগবান্গী প্রেম-সেব:দা লুপচরিবা মীতাশিংনা চপমান্না লৌরি। অসিগুম্বা ভগবান্গী অথুপ্পা ভক্তশিংবু ভগবান্না য়ান্না সুংশি মরমদি মথোয়না মাগী মাগী ঙমনবা শক্তি শীজিন্নদুনা ভগবান্গী লীলা-গুণ প্রচার তৌনবগীদমক মকম খুদিংমক্তা কোয়না চৎলী অদুগা ভক্ত-নত্তবশিংবু জ্ঞান তাহন্নবা হায়দুনা ভক্ত ওইহন্নবা মথোয়না ঙম্বমথৈ হোৎনৈ । তশেংবদি জীব অমনা মাগী স্বরূপকী হায়রগদি ভক্ত ওইদনা লৈকম থোক্তে, অদুবু কনাগুম্বা ভক্ত নৎত্রবা নাস্তিক ওইরবদি মহাক অদুগী পুন্সিগী ফীভম মথোণ্ড হুকত্রবনি হায়না খল্লগনি। ভগবান্গী অথুপ্পা ভক্তশিংনা অসিগুম্বা মুয়াবদ্ধ জীবশিংবু লায়য়েংবী, মরমদুনা মথোয়বু ভগবান্না পেন্বী । অভক্তবু নাস্তিকপু ভক্ত ওলহন্নবগীদমক ভগবান্গী নামগুণলীলা তশেংনা তৌরিবা মী অদুদগী হেন্না মুংশিবা মী অমা ভগবান্গী লৈত্রে হায়না ভগবান্না ভগবদ-গীতাদা হায়রি । নারদগুম্বা মীতাদদি পূজা চপ চানা ভগবান্দা কৎপদোনা কৎকদবনি। অদুনা মহারাজ যুধিষ্ঠিরনা মনাওশিংগা লোয়ননা নারদকুম্বা শুদ্ধ ভগবদ্ভক্ত অমবু অভিবাদন তৌরম্বদু মী অতৈগী মকমদা তমজনগ্নায় খুদম্নি; নারদ মুনিগীদি মহাকী ঈশৈগী যন্ত্র তুম্বুরু অদুগা লোয়ননা ভগবান্গী লীলা-গুণ শকশোন্বা নত্তনা অতৈ থবক অমা লৈরমদে ।

শ্লোক ৩৯

**যুধিষ্ঠির উবাচ**
**নাহং বেদ গতিং পিত্রোর্ভগবন্ ক গতাবিতঃ।**
**অম্বা বা হতপুত্রার্তা কগতা চ তপস্বিনী॥ ৩৯॥**

শব্দার্থ

ন—দে; অহম্—ঐ; বেদ—খঙজী; ( ন বেদ—খঙদে ); গতিম্—চৎখিবা; পিত্রোঃ—ইপলগা ইতোন্‌গা; ভগবান্—হে ভগবান্; ক—কদায়দা; গতৌ—চৎগ্রবদা ইতঃ—মফমসিদগী; অম্বা—ইম্মান্; বা—অতুগা; হতপুত্রা—মচা-হাৎপিগ্রবী; আর্ত্তা—থবাই-ৱারবী; ক - কদায়দা; গতা—চৎগ্রবা; চ—সু; তপস্বিনী—তপ-তৌবী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহারাজ যুধিষ্ঠিরনা হায়রম্মী হে ভগবন্, ঐগী ইপলগা ইতোন্‌গা অনীনা মফমসিদগী কদায়দা চৎগ্রবনো হায়বতু ঐ খঙদ্রে। মচানুপাশিং শিখিবগীদমক মথবাই ৱাজরবী তপস্বিনি ইম্মান্দুবু খিবা ফংদ্রে।

নৈনৱোল

মহারাজ যুধিষ্ঠিরদি ভগবান্‌গী মহাত্মা ভক্ত অমনীনা মতম পুম্বদা মম্মান্-ইবেম্মাগী অমাঙবা পুম্নমক অতুগা তপস্বিনি ওইনা ৱারম্বা পুম্নমক অহু খঙলম্মী। তপস্বী অমগী মবুক্লীঙবু অৱাবা মথল পুম্নমক্তা লাঙতক্ৰহনবা ঙমদে, অতুনা পরমার্থগী লম্বীদা মহাক্কী পুক্লীঙগী পাঙল কণহল্লী অতুগা তৌগদবা থবক্কীদমক পুক্লীঙ চপ লেপ্পা ঙমগল্লী। মহারাণী গান্ধারীসু অৱাবা কোঙ্গায়-লক্তা চৎখিবা মরমচৎকীদমক খ্বাইগী তমজনঙাই ওইবী তপস্বিনী অমনি। মহাক মমা অমা ওইনা মুপা অমগী মুপী অমা ওইনা অতুগা তপস্বিনি অমা ওইনা ফিদমঙাই মুপী অমনি। পৃথিবীগী ইতিহাসতা অসিগুম্বা মুপীগী লীচৎতি অঙাঙবনি।

শ্লোক ৪০

**কর্ণধার ইবাপারে ভগবান্ পারদর্শকঃ।**
**অথাবভাষে ভগবান্ নারদো মুনিসত্তমঃ॥৪০॥**

শব্দার্থ

কর্ণধারঃ—হিনাওশাবা; ইব-গুম্না; অপারে— মপাম্নাইদ্রবা ঈপাক্তা; ভগবান্—ভগবান্দি (নারদ মুনিদি); পারদর্শকঃ—ইপাক্কী মপান-ৱাংমদু উবা অমনি; অথ—অতুদগী; অবভাষে—ৱা ঙাঙলম্মী; ভগবান্ নারদঃ—ভগবান্ নারদ; মুনিসত্তমঃ—মুনি মকোক।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাক্তি মপাম্নাইদ্রবা ইপাক্তা হিনাওশাবা অমগুম্বনি, অতুনা ঈপাক-ৱাংমদু তাকপীঙম্বা অমনি। অসুম্না যুধিষ্ঠিরনা হায়রবা মতুঙদা দেবর্ষি নারদ মুনি মকোক অহুনা ৱা ঙাঙবা হৌখি।

## নৈনরোল

দার্শনিক ভক্তগী মথল মথেল য়াম্মী, মখোয়শিংত্থগী মরক্তা খ্বাইদগী হেন্‌বা দার্শনিকতি ভগবদ্দর্শন ফংলুরবা অত্থগা ভগবান্‌গী প্রেম-সেবাদা মশাবু কত্তম পুম্বদা কৎলবা মীত্থনি। ভগবান্‌গী অসিগুম্বা শুদ্ধ ভক্তশিংগী মরক্তা দেবর্ষি নারদনা মকোয়্নী, মরমত্থনা মহাকপু মকমসিদা মুনিসত্তম হায়বদি দার্শনিক ভক্তশিংগী মকোক হায়রিবনি। মতীক-চাবা থাজবা য়াবা গুরুদগী বেদান্তদর্শন শ্রবণ তৌত্থনা চপ-চানা হৈবা দার্শনিক অমা ওইবা ঙমত্রবদি অত্থগুম্বা মীত্থনা দার্শনিক ভক্ত অমা ওইবা থক ঙমদে। মী অমনা থাজবা-হৈগদবনি, লাইরীক হৈগদবনি অত্থগা থাদোক্‌পত্থ হৈগদবনি, মত্রগদি মহাক শুদ্ধভক্ত অমা ওইবা ঙম্লোই। ভগবান্‌গী শুদ্ধভক্ত অমনা অবিদ্যাগী বাবত্থ ঐখোয়দা উৎপীবা ঙম্মী। দেবর্ষি নারদদি মহারাজ যুধিষ্ঠিরগী শর্ক্কায়দা তৎতনা হেক হেক লেঙঙকয়ি মরমদি পাণ্ডবশিংদি লোইনমক ভগবান্‌গী শুদ্ধ-ভক্ত ওয়্নী। অত্থগা দেবর্ষিনা মখোয়দা মখোয়না হেক হেক পাম্নকপা মতমদা পাওতাক অকবা পীরম্মী।

## শ্লোক ৪১

**নারদ উবাচ**
**মা কঞ্চন শুচো রাজন্ যদীশ্বরবশং জগৎ।**
**লোকাঃ সপালা যস্যেমে বহন্তি বলিমীশিতুঃ।**
**স সংযুনক্তি ভূতানি স এব বিযুনক্তি চ ॥ ৪১ ॥**

## শব্দার্থ

নারদঃ উবাচ—নারদনা হায়রম্মী; মা—কদৌঙৈদস্থ নত্তে; কঞ্চন—উপায় পুম্নমক তৌত্থনা; শুচঃ—থরাই বাউকো; রাজন্—হে ইনিংথৌ; যৎ—মরমদি; ঈশ্বরবশম্—ঈশ্বরগী খুত্তা লৈবনি; জগৎ—জগৎ; লোকাঃ—মী পুম্নমক; সপালাঃ— লুচিংবশিংগা লোয়ননা; যস্য—মহাক্কী; ইমে—মখোয়শিংসিনা; বহন্তি—পুই; বলিম্—অকৎপোৎ (অথেন্‌পোৎ); ঈশিতুঃ—ঈশ্বরগী; সঃ— মহাক্না (ঈশ্বরনা) সংযুনক্তি—তিলহল্লী, ভূতানি—জীব পুম্ববু; সঃ- মহাক্না (ঈশ্বরনা),এব—মরুস্থ; বিযুনক্তি—কায়নহল্লী, চ—অমস্তুং।

## মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীনারদনা হায়রম্মী—"হে নিংথৌ; কনাগুম্বগীদমক থরাই বারমু, মরমদি জগৎ পুম্বসে ঈশ্বরগী খুত্তা লৈবনি। মরমসিনা জীব পুম্নমক মখোয়গী লুচিংবশিংগা লোয়ননা ঈশ্বরনা মখোয়বু নীঙথিনা ঙাকশেন্‌বীনবা হায়ত্থনা অথেনপোৎ কৎতুনা ঈশ্বরবু লাৎচৈ। মহাক্তনা (ঈশ্বরতনা) মখোয় পুম্বসিবু তিল্লহল্লিবনি অত্থগা কায়নহল্লিবনি।"

## নৈনরোল

প্রাকৃত অমস্তুং অপ্রাকৃত জগৎ অনীমক্তা লৈরিবা জীব খুদিংমক পরমেশ্বর ভগবান্‌গী মথা পোন্‌বা ওয়্নী। ব্রহ্মাণ্ডগী লুচিংবা ব্রহ্মাদগী হৌরগা ককচেং কাওবা লৈরিবা জীব পুম্নমক ভগবান্‌গী ময়াথং ইন্দুনা চৎলিবনি। মত্তৌসিনা তাকপদি জীবগী স্বরূপতি ভগবান্‌গী মথা পোন্‌বা হায়বসিনি। অপঙবা জীবনা, থোইদোক হেন্দোক্লম মীওইবনা, নিয়ম কায়রা ভগবান্‌গী আইনবু বিরোধ তৌয়ি।

মরমদুনা মহাকপু অসুর হায়বদি আইন-চত্তবা হায়দুনা দণ্ডি পী। জীব অমবু পরমেশ্বর ভগবানগী য়াথংনা থোইদোকপা ফীভম অমদা থম্লিবনি। মফম অদুদগী মাবু ভগবান্‌গী নত্রগা মাগী মহুৎশিন্‌বা অমগী য়াথং মতুঙ ইন্না অমদমুক হোংদোকপিরিবনি। ব্রহ্মা, শিব, ইন্দ্র, চন্দ্র, মহারাজ যুধিষ্ঠির, অদুগা হৌজিক্কী ইতিহাসকী হায়বগা, নেপোলিয়ন্‌, আকবর, আলেক-জেণ্ডর, গান্ধী, সুভাষ অদুগা নেহরুখোয় পুম্নমক ভগবান্‌গী মনাই ওাক্তনি; মখোয়বু মখোয় মখোয়গী মফম মফমদুদা থম্মু অদুগা মফম মফমদুগী তাবম্মু ভগবান্‌গী ককপিনওাই লৈত্রবা ইচ্ছানা ওাক ওইরিবনি। মখোয় কনামতা মনীও তম্বা ওমদে। অসিগুম্বা মীতাশিংনা নংত্রগা লুচিংবশিংনা ভগবানবু মখোয়গী হর্তাকর্তা ওইবনি হায়বসি য়ানিঙদদুনা লমহেন্নবফাওবদা প্রকৃতিগী হেন্না কন্‌বা নিয়মনা মখোয়বু অবাবা মখল মথেল ফংহল্লি। মরমদুনা লাই লৈতে হায়বসে অপঙবা মীতাদনা হায়। অশেঙবা বাফমসে মহারাজ যুধিষ্ঠিরদি য়ানিঙলম্মী মরমদি মহাক মপল-মথুরা অদুগা মমাহন্‌ মখোয় অহুম্না ইথঙ থঙহৌদবমথৈ থাদোক্লগা চংথিবদুদা থবাই বাদুনা লৈরম্লিবনি। মহারাজ ধৃতরাষ্ট্রদু মাগী নহাল মপোক্কী তৌজমল ওইনা মাগী লাইবক অদু ফংখিবনি; মহাক মমাওওৈগী কর্মফল মতুঙ ইন্না অবা-মুংওাই যংগদৌবমথৈ ফংখরে, অদুবু লাইবক ফবনা বিদুর কৌবা মনাও-মুপা অফবা-ফংজখি, অদুগা মনাওগী পাউতাক মতুঙ ইন্না প্রাকৃত জগৎকী বা পুম্নমক কাউথোক্লগা অরান্‌-খুভম ফংননবা হায়দুনা থাদোকুনা চংথিবনি।

খ্বাই পুম্নমক্কী ওইনা হায়রগদি কনাগুম্বা অমতনা থৌরাং তৌরগা মাগী যংফম থোকপা অরা মুংওাই অদু শেমদোক শেমজিন তৌবা ওমদে। মহাক্না অবা-মুংওাই পুম্বদু কাল (খুদুম চনওমদবা মতম) কৌবা লাইনা ঐখোয়না উং ওমদবা মওংদা শীল্লকপনি হায়না অদুম লৌশনবা তাই। মতমগী খুজীলদুবু কায়হন্নবা থৌরাংলুবগী কান্নবা যংলোই। মরমসিনা অরান খুভম (মুক্তি) ফংনবা হোংনবনা পুঙহেন-হেনবা থবক্লি। মসি তৌনবগী নীংতম্বদু মীওইবদদা পীবিরম্বগী মরমদি মহাক্কী বুদ্ধি জ্ঞানগী চাওখৎপা ফীভম য়েংবদগীনি। মীওইবগী মপোকমুংসিদা মুক্তি ফংননবগী বৈদিক উপদেশ মখল মথেল লৈরিবসি মীওইবগীদমক্লি। চাওখৎলবা বুদ্ধিনা পীবা সুযোগসি শেরান্ননা শীজন্নবা মহাক্নুদি শোয়দনমক দণ্ডি ফংগনি, অদুনা মহাক হিংলিঙৈদা নংত্রগা হয়েংমুক্কী মপোক্তা অবাবা মথেল যংঙী। মতৌ অসুম্না পরমেশ্বর ভগবান্না মী খুদিংবু খুদুম চন্নী।

## শ্লোক ৪২

**যথা গাবো নসি প্রোতাস্তন্ত্র্যাং বদ্ধাশ্চ দামভিঃ।**
**বাকৃতন্ত্র্যাং নামভির্বদ্ধা বহন্তি বলিমীশিতুঃ॥ ৪২॥**

### শব্দার্থ

যথা—গুম্না; গাবঃ—শল; নসি—নাতোন্দা; প্রোতাঃ—লেংশন্‌বা; তন্ত্র্যাং—থৌরিনা; বদ্ধাঃ—পুন্নবা; দামভিঃ—থৌরিনা; বাকৃতন্ত্র্যাম্‌—বেদগী বানা থৌরী ওইদুনা; নামভিঃ—মিংয়াম্না; বদ্ধাঃ—পুন্দুনা ফারবা; বহন্তি—পুরি; বলিম্‌—অকৎপোৎ; ঈশিতুঃ—পরমেশ্বর ভগবান্‌গী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

**শল অমবু মনাতোন্দা থৌরী লীশাঙ অমনা লেংশল্লগা পুন্নগা লাকথুবগুম্না, মীওইবশিংসু বেদগী বানা পুন্নগা পরমেশ্বর ভগবান্‌গী য়াথং ময়াম ইন্ননবা লাকথুইয়ে।**

### নৈনরোল

মী থঙদে, শা থঙদে নংত্রগা উচেক থঙদে জীব খুদিংমক্না মশা মশাবু নীংতম্বা অমা ওইনা থল্লী, অদুবু অওইবদি কনামতা ভগবান্গী শাথিরবা রায়েন পথাপশিংদগী নাম্থোকপা ঙমদে। লাইগী রায়েন পথাপশিংদি শাথি মরমদি পথাপশিংদু করিগুম্বা মওংদা ইন্দবা য়াদে। মীনা শেম্বা আইনশিংবু আইন-ইন্দবা মীরুবশিংনা নাম্থোকপদা ঙম্বা য়াই, অদুবু আইন-শেম্বা মকোক কোক্লেনগী (পরমেশ্বর ভগবানগী) আইনশিংবু থৌশাদবগী থবক্তি মচেৎ অমা ফাওবা ওইবা য়াদে। ঈশ্বরনা শেম্বা বিধিবু (আইনবু) খজিক্কুং হোংদোকলুবদা থোরকপা কল-দি হোংদোকলুবা মীদুগী খুদোংথীবা অচৌবা অমা ওইগনি। ভগবান্গী বিধিশিংসে ধর্ম্মগী রায়েল-পথাপ হায়না খ্বাইনা থঙনৈ, ফীভমদবু তোঙাল্লি হায়বনি, অদুবু ধর্ম্মগী নীতিদি মকম খুদিংমক্তা অমতনি হায়বদি চপ মান্নে, হায়বদি ধর্ম্মগী রায়েল পথাপ হায়বা পরমেশ্বর ভগবান্গী য়াথংশিংদু ইনবা হায়বগী নীতিদি অমতনি। সংসারগী ওইরিবা ফীভমদি অদুনি। সংসারদা লৈরিবা জীব পূম্নমক মায়াবদ্ধ ওইবা পুন্সিসি মখোয়না পামজবা মওংদা লৌরির্বান অদুনা মখোয় পূম্বা প্রকৃতিগী লাংদা থুরিবনি। লাংসিদগী নাম্থোক্নবা অমতা ঙায়বা পাম্বৈদি পরমেশ্বর ভগবান্না হায়বা ইনবনি। অদুবু অপঙবা মীশিংনা মায়াগী মখুত্তগী লাম্থোকপগী রাদি থমগ্রদুনা, তোঙান তোঙানবা মিংনা মখোয়বু পুল্লি, হায়বদি ব্রাহ্মণ্নি, ক্ষত্রিয়নি, বৈশ্যনি, শূদ্রনি, হিন্দুনি, মুসলমাননি, ভরত মচানি, ইউরোপ-মচানি, চীনানি অদুনি অদানি হায়দুনা মখোয়বু মিংশিংসিনা পুল্লী। অসুম তৌদুনা মখোয়না ধর্ম্ম, শাস্ত্র অমসুং মীনা শেম্বা আইনগী মতুং ইন্না ভগবান্গী য়াথংশিংদু ইল্লে। রাষ্ট্রগী আইনশিংদি ধর্ম্ম-শাস্ত্রগী সূত্রশিংগী মতৌ তম্বা মপুঙ ফাদবা মওং ঙাক্তান। ধর্ম্মগা মরী লৈনদবা রাষ্ট্র (Secular State) হায়বদি ঈশ্বরবু লাপ্না থম্বা রাষ্ট্রনা নাগরিকশিংনা ঈশ্বরগী আইন থুগায়বা য়াহল্লী অদুগা রাষ্ট্রগী আইন ইন্দবদি য়াদে। মদুগী ফলদি প্রজা অয়াম্বনা মীগী মপুঙফাদবা খুৎশেম আইন থুগায়দুনা রাবদগী ঈশ্বরগী আইন থুগায়দুনা রাবনা হেল্লি। মী খুদিংমক মীওইবগী স্বরূপ মতুঙ ইন্না সংসারদবু লৈরবদি মপুঙ-ফাদবা ঙাক্নী। মায়িক জগৎসিদা খ্বাইদগী চাউথৎলবা মীতানফাওবা মপুঙ-ফাবা আইন লেংবা ঙম্বদি খুজিঙ্মুক-ফাওবা ওইথোক্কে। অমরোমদনা ভগবান্না শেম্বা বিধিদদি ছিদ্র মচেৎ অমফাওবা লৈতে। লৈবাক্কী লুচিংবশিংনা ঈশ্বরগী বিধিশিং থঙলবদি মতৌ মান্নবা হায়দুনা পান্দম-লৈজদ্রবা মীতাশিংঙাক্কনা শাবা আইন-সভা অমা লৈরুবগী করি কান্নগনি। মীওইবনা শেম্বা মতৌ মান্নবা আইনশিংদা অহোংবা থোরকপা দরকার ওইরকই অদুগা ঈশ্বরনা শেম্বা বিধিশিংদ হোংবা নাইদে, মরমদি ছিদ্র লৈতনা মপুঙ ফারবা ভগবান্না মানা শেম্বা বিধিশিংদো মপুঙ ফাবা হায়বদি ছিদ্র লৈতবা ওইনা শেম্নবান। ধর্ম্ম-বিধিশিং হায়বদি শাস্ত্রগী য়াথংশিংদু লেংলম্বদি ভগবান্গী মহুৎ ওইবা মুক্তপুরুষশিংনা তোঙান্ তোঙান্না মতমগী পুন্সি মরেল য়েংদুনা লেংলম্বনি। অদুগা ভগবান্গী য়াথংশিংবু ইন্দুনা মায়াবদ্ধ জীবশিংনা সংসার মায়াদগী অসুম অসুম লাম্থোকচরকয়ি। জীবগী অওইবা স্বরূপতি মহাক ভগবান্গী নিত্যদাসনি (মতম পূম্বদা ওইদুনা লৈবা মনাইনি) হায়বসিনি। জীবনা মুক্ত ওইরবা মতমদা ভগবানবু মুংশিবগা লোয়ননা সেবা তৌয়ি; মতৌ অসুম্না মপুঙফাবা অরান্-খুভমগী পুন্সি অমা লেল্লী; অদুম্না লেন্বদা করিগুম্বা মতমদা ভগবান্গা চাংমান্নবা অদুগা করিগুম্বা মতমদা ভগবান্দগী হেন্বা চাংদা লেল্লী। মায়াগী জগৎসিদদি জীব খুদিংনা জীব অতৈগী মকোক নেৎতুনা লৈবা পাম্মী, অদুন। মায়ানা পঙথহনবদগী মীকোক থোঙনীংবা পুক্চেল্লিনা মায়া লাংগী পুন্সিদু থোইনা-হেন্না য়েথোক্লবগী মরম ওই। মরমদুনা মায়িক জগত্তা জীবনা অমূক হেন্না বদ্ধ (অফা-অপূম্নবা) ওই; মসুম্না বদ্ধ ওইবসে জীবদুনা মাগী হান্নগী মহৌশাগী ওইরকপা ভগবান্গী মনাই ওইবা ফীভমদো হিংগৎহল্লগা ভগবান্গী খুরাথাদা মহাবু হেক কথোক্তিংবা ফাওবা ওইগদৌরিবনি। ভগবদগীতাগী অমসুং মরাম্না রাম্নবা জগৎকী ধর্ম্মশাস্ত্র অতৈগীসু অরোইবী পাউতাক্তি অদুনি।

শ্লোক ৪৩

**যথা ক্রীড়োপস্করাণাং সংযোগবিগমাবিহ।**
**ইচ্ছয়া ক্রীড়িতুঃ স্যাতাং তথৈবেশেচ্ছয়া নৃণাম্ ॥ ৪৩ ॥**

শব্দার্থ

**যথা—গুম্না; ক্রীড় উপস্করাণাম্—শান্নপোৎশিং; সংযোগ—তিন্নবা; বিগমৌ—থাইদোক্নবা; ইহ—জগৎসিদা; ইচ্ছয়া—নীঙবদগী; ক্রীড়িতুঃ—শান্নগনবা মহাক্কী; স্যাতাম্—ওইয়ে; তথা—মতৌচুগুম্না; এব—লেপ্পমক; ঈশ—পরমেশ্বর ভগবান্; ইচ্ছয়া—নীঙবদগী; নৃণাম্—মীওইবশিংগী।**

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

**শান্নরিবা কনানা মাগী শান্নপোৎশিংতু মহাক্কী অপাম্বা মতুঙ ইন্না তিন্থোক তিন্জিন্ অমদি থাইদোক থাইজিন্ তৌবগুম্না ভগবান্‌গী ইচ্ছা মতুঙ ইন্না মীওইবশিংবুসু মহৈ মহৈ তিন্নহল্লি অতুগা অমূক কায়নহল্লী।**

নৈনরোল

**ঐখোয় পুন্নমক্কী ওইরিবা ফীভমশিংসে ঐখোয়গী নহাক্মুক্কী মপোক্কী তৌজমল ওইনা ভগবানগী ইচ্ছাদগী ওইবা ওাক্নি হায়বসে ঐখোয়না থঙদবা য়াদে। ভগবদ্গীতাদা (১৩।২৩) হায়বগুম্না পরমেশ্বর ভগবান্না অন্তর্য্যামী পরমাত্মা ওইনা জীব খুদিংগী থম্মোইমুংদা লৈ; মরমতুনা ঐখোয়গী পুন্সি মতাঙ খুদিংদা ঐখোয়না তৌবা থবক খুদিংমক মহাক্না খঙঙী। মহাক্না ঐখোয়বু ফীভম মথল অমদা থমতুনা ঐখোয় ঐখোয়গী তৌজমল ফংহল্লী। ইনাক্-খুন্‌বা মী অমনা লুপা খৈরোয় পায়গদবা মচাম্নুপা অমা পোকই, মতু করিননো হায়ববু লল্লেবা অমগী মচাম্নুপা অমা ওইনা পোক্লরবনীনা লুপা-খৈরোয়-পাযবা অঙাঙ অমা ওইবদা মতীক চারম্মী, মরমতুনা মহাকপু ভগবান্‌গী ইচ্ছা মতুঙ ইন্না মফমতুদা পোকহল্লিবনি। মফমতুদগী লৌথোক্লমদাইগী পুঙকম য়োৎরবদা মপাগা মচাতুগা অনীনা কায়নবতু পামদ পামদনা পবমেশ্বর ভগবান্‌গী ইচ্ছানা অঙাঙতুবু কদায়দনো পুতুনা চৎলী। মসুন্নমক লায়রবা মীগীসু মথোক্লিবনি। জীবশিংনা তিন্নবা লৈরবা অতুগা অমূক কায়নবগী থবকসিদা লল্লেবা-লৈতবা কনামতনা করিমতা তৌবা ঙমদে। শান্নরিবা মীগা মাগী শান্নপোৎকগী খুদমসিগী অর্থ শেক্কান্নবা লৌরোইদৌবনি। ভগবান্না ঐখোয় ঐখোয়গী তৌজমল পীবা হায়বসি শোয়ত্রবনীনা শান্নরিবা মীগী খুদমসে চৎনহন্‌বা য়াবা নত্তে হায়না কনাগুম্বনা য়েৎপা য়াই য়েৎলিবা ৱাসিদি চৎনবা য়াদে। ভগবান্ হায়বসিনা পরম-ইচ্ছা পুংথে ই-থোইবা) অপাম্বতুমক্নি অতুগা মাবুদি করিগুম্বা বিধি (আইন) অমতনা পুন্‌বা ঙমদে। হায়বসি ঐখোয় কাউবা য়াদে। কর্ম্মগী বিধিনা হায়রিবদি মী অমবু মানা তৌরুবা থবক্কী ফল ফংহল্লী, অতুবু করি করিগুম্বা মতাঙদদি অতুগুম্বা ফংকম থোকপা কর্ম্মফলতু ভগবান্‌গী ইচ্ছানা হোংবতু য়াওরি। অতুবু অসিগুম্বা অহোংবদি ভগবান্‌গী ইচ্ছাতনা ওইথোকই, অতৈ ইচ্ছানদি ওইথোক্তে। শান্নবা মীগী খুদম অমা শ্লোকসিদা পীরিবসে য়াম্না য়ুৎ-চাপ্রবনি; মরমদি পরম-ইচ্ছা হায়বদি পরমেশ্বর ভগবান্দি তৌবদা মনীঙ পুঙতম-তম্বনি। মহাক্তি মপুঙ পুঙফা ফাবা হায়বতুনীনা (পূর্ণতম-নীনা) মাগী থবক্তা নত্রগা পীরকপা ফলদা ছিদ্র অমতা লৈতে। ফংকম থোকপা কর্ম্মফলবু ভগবান্না হোংদোকপসে শুদ্ধ ভক্তগী মতাঙদদা থোইদোকপা ওইনা তৌবনি। ভগবান্দা মহাবু করিমতা থাক্তবমখৈ কথোক্লবা শুদ্ধ ভক্ত অমবু ভগবান্না পাপ পুন্নমক্তগী কম্মী হায়বসে অতুগা মসিদা করিমতা চিংননঙাই লৈতে হায়বসে**

ভগবদগীতাদা শোয়রবা বা ওইনা হায়রি (৯।৩০-৩১)। কংকম থোকপা কর্ম্মফল হোংদোকপগী থৃদম চামা চামা জগৎকী ইতিহাসতগী কংবা ওন্মী। ভগবান্না কনাগুম্না অমগী হৌরবা মতমগী থবকশিংগী ফল-বু হোংদোকপা ওমবদি ভগবান্ মশামক্কী কর্ম অমসুং কর্ম্মফলশিংনা মহাকপু পুন্বা ওমদে হায়বসি অরেপ্পা বানি। মহাত্মি পূর্ণনি অহুনা বিধি-নিয়ম পুম্নমক্কী মথক্তা লৈবনি।

### শ্লোক ৪৪

**যন্মন্যসে ধ্রুবং লোকমধ্রুবং বা ন চোভয়ম্।**
**সর্ব্বথা ন হি শোচ্যাস্তে স্নেহাদন্যত্র মোহজাৎ ॥ ৪৪**

### শব্দার্থ

যৎ—মতু; মন্যসে—নঙনা খল্লী; ধ্রুবম্—পরম সত্যনি; লোকম্—মীশিংবু; অধ্রুবম—ওইদবা; বা—নত্রগা; ন—নত্তে; চ—সু; উভয়ম্—অনীমক; সর্ব্বথা—ফীভম পুম্বদা; ন—নত্তে; হি—লেপ্পমক; শোচ্যাঃ—বানগাই ওইবা; তে—মখোয়; স্নেহাৎ—মুংশিবদগী; অন্যত্র—নৎত্রগা; মোহজাৎ—পঙথবদগী পোকপা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মীওইববু জীব ওইনা নিত্যনি (মতম পুম্বগীনি) অহুগা হকচাঙ ওইনা অনিত্যনি (তুং কোই-দবনি) নত্রগা হায়বা ওমদবা মরম্না নিত্য অনিত্য অনীমক ওইরিবনি হায়না নহাক্না খল্লবসু ফীভম পুম্নমক্তা মুম্না বিচার তৌরগদি মখোয়হু নহাকী বানগাই নত্তে। পঙথবদগী (মোহদগী) পোকপা মুংশিবা (স্নেহ) হায়বহু নত্তনা বানবগী (শোক তৌনবগী) মরম অতৈ অমা লৈতে।

### নৈনরোল

থাজেশেংবা বাদি অসিনি মহুদি—জীব থুদিংমক পরমেশ্বর ভগবান্গী অংশনি অমসুং মহাকী স্বরূপতি ভগবান্গী সেবা তৌমিন্নবা অহুনি। প্রাকৃত সংসারদা বদ্ধ জীব ওইনা লৈরগসু নৎত্রগা সচ্চিদানন্দগী স্বরূপতা মুক্ত ওইনা লৈরগসু, ফীভম অনীমক্তা জীবদি পরমেশ্বর ভগবান্গী নিত্য দাসনি। অহুনা তত্বজ্ঞান অওইবসি খঙদবা মীতাশিংনা জীব-স্বরূপকী মরমদা মরল্লাই বুদ্ধিনা থোকপা বা কয়া পুথোরকই। অহুমকপু দর্শন শাস্ত্র পুম্নমক্না চপ মান্নবা য়ানরিবা বাদি জীবসে নিত্যনি অহুগা মাবু কৃপ্নিবা পঞ্চভূতকী দেহেদি মাঙবা নাইবনি অমসুং অনিত্যনি হায়বসিনি। নিত্য জীবদি মায়িক দেহে অমদগী অতোপ্পা দেহে অমদা কর্ম্মফল মতুং ইন্না কোয়হোং হোংহুনা লৈ। মায়িক দেহেশিংদি মখোয়বু শেম্নকপা মশেম মতুং ইন্না মাঙবা-তাকৃপা নাই। মরমসিনা আত্মাবু অতোপ্পা দেহে অমদা চঙহন্‌খিবদা অহুগা ভৌতিক দেহেনা অকক্নবা মতাঙ অমদা মাঙ-তাকখিবদা কনিসু বারুনিঙাই লৈতে। পঞ্চভূতকী দেহেনা কৃপ্নবদগী কৃপত্রবদা জীবাত্মানা পরমাত্মাগা অমতা ওইশল্লুনা ভিন্নী হায়না থাজবা মী অতৈসু লৈরি, অহুগা অমুক আত্মা লৈ হায়বসি থাজদবা অহুগা শকুঁৎবা পোত্তাবুদি থাজবা মী অতৈমসু লৈরি। ঐখোয়না নিতিগী উবদা পঞ্চভূতনা মওং অমদগী অতোপ্পা অমা ওইহুনা শক-ওন্নকপা থেংনরি, অহুবু অহোংবা মতৌশিংসিন্নীদমক ঐখোয়না খক ভেংথাহুনা কপ্পবা তৌদে। মথক্তা হায়রবা বাকমশিংসিদা দৈব শক্তিগী শাকু অমা য়াওরিবহুবু কনামতনা খিংবা ওমদে; মহুদা কনামতনা খুং খিংজন্দে; মরমহুনা বানগাই মরম লৈত্তে।

## শ্লোক ৪৫

**তস্মাজ্জহ্যঙ্গ বৈক্লব্যমজ্ঞানকৃতমাত্মনঃ।**
**কথন্ত্বনাথাঃ কৃপণা বর্ত্তেরংস্তে চ মাং বিনা।**

### শব্দার্থ

তস্মাৎ—মরমহুনা; জহি—থাদোকউ; অঙ্গ—হে নিংথৌ; বৈক্লব্যম্—খোয়রাঙবা; অজ্ঞান-কৃতম্—খঙদবদগী ভৌবা; আত্মনঃ—নপুক্লীঙগী, নশামক্কী; কথম—মতৌ করম্না; তু—অদুবু; অনাথাঃ—য়েংবিনিঙাই লৈত্রবা; কৃপণাঃ—অরাবা-তারবা মীশিংনা; বর্ত্তেরন্—হিংবা ঙমগনি; তে—মখোয়; চ—সু; মাং বিনা—ঐহাক য়াওদনা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মরমহুনা, হে নিংথৌ, খঙদবদগী খোয়রাঙলুবদো থাদোক্লো। য়েংবিনঙাই লৈত্রবা লাইবকথীরবা মীশিংহুনা নহাক য়াওদ্রবদি করম্না হিংগনি হায়না নহাক্না খল্লি।

### নৈনরোল

ঐখোয়না ঐখোয়গী মরীমতা মরূপ মপাঙশিংবু য়েংবিনিঙাই লৈত্রবনি অদুগা ঐখোয়গী ইথক্তা নন্দুনা লৈরবনি হায়না খল্লকপা য়াওবদু ঐখোয়না খঙদবদগীনি । জীব থুদিংমক জগৎসিদা লাক্লুনা মাগী মাগী ফংজরিবা ফীভমগী মতুং ইন্না মাবু ঙাক শেন্নবা থৌরাংবিরিবনি । ভগবানবু ভূত-ভৃৎ হায়বদি জীব পুম্নমক্তা ঙাকশেন্‌বিবা হায়না খঙনৈ । জীব অমনা তৌগদবদি মথৌ পাঙথোকপদনি, মরমদি ভগবান্ নত্তুনা কনামতনা কনাগতবু কম্‌বিবা ঙমদে। রাফমসি অমুক শুগায়না মখাদা লাক্লিবা শ্লোকসিদা তাক্লী।

## শ্লোক ৪৬

**কালকর্ম্মগুণাধীনো দেহোঽয়ং পাঞ্চভৌতিকঃ।**
**কথমন্যাংস্তু গোপায়েৎ সর্পগ্রস্তো যথাপরম্॥ ৪৬॥**

### শব্দার্থ

কাল—নিত্য ওইবা মতম; কর্ম্ম—থবক; গুণ—প্রাকৃতগুণ সত্ব-রজ তম; অধীনঃ— মখা পোন্‌বা (ওই); দেহঃ—হকচাঙ; অয়ং—অসি; পাঞ্চভৌতিকঃ—ভূত মঙানা শাবা; কথম্—করম্না; অন্যাম্—অতৈশিংবু; তু—তৌইগুম্বসু; গোপায়েৎ—ঙাকশেন্নী; সর্পগ্রস্তঃ—লিন্না উন্নবা; যথা—গুম্না; অপরম্—অতোপ্পবু।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

পঞ্চভূতনা শাবা দেহেসি কাল (মতম), কর্ম্ম (থবক) অমসুং প্রাকৃত গুণ অহুমগী মখা পোন্নী। অদুনদি করম হায়না লিন্না উমগ্রবা মীনা অতোপ্পা অমবু কন্‌বা ঙমগনি।

### নৈনরোল

রাজনৈতিক, অর্থনৈতিক, সামাজিক অমদি সংস্কৃতিক প্রচার তৌদুনা চংথরিবা জগৎকী আন্দোলনশিংসিনা কনাগুম্বগীদমক কান্নবা তৌথা ঙম্মোই, মরমদি মথোয়বু মথোয়দগী হেন্‌বা শক্তি অমনা লাকথুন্নি। মায়াবদ্ধ জীববু প্রকৃতিগী ওইবা কাল, অমদি গুণ অহুম্না লাকথুবদগী

মহাক্তপু প্রকৃতি খুত্থম মপুঙ কানা চল্লী। প্রকৃতিগী সত্ত্ব, রজ অমসুং তম কৌবা গুণ অহুমথক লৈ। কনাগুম্বনা সত্ত্বগুণ-দবু লৈত্রবদি মহাক্লা পোৎশক শেংনা খঙবা ঙমদে। রজ-তম-গুণ অনীগী মীতানা পোৎশক শেংনা উবা ঙমদে। মরমসিনা রজ-তম গুণ অনীগী মীতাদি মহাক্লা তৌবা থবকশিংদো অচুম্বা লম্বীদা পুবা ঙমদে। সত্ত্ব গুণ-চেন্‌বা মীতনা খরদং তেঙবাঙবা ঙম্মী। অয়াম্বা মীনা রজ-তম-গুণ চেন্‌গল্লী, মরমসিনা মখোয়গী থৌরাং অমসুং হোদোকররকপা থবকশিংহুনা অতৈগী ফননবা তৌবা পঙঙম ঙমদে। প্রাকৃত গুণশিংগী মথক্তা কাল কৌবা নিত্য ওইবা মতম লৈ, মরমদি মহাক্লা প্রাকৃত জগৎকী পোৎ খুদিংমক্কী মশক হোংহল্লী। ঐখোয়না মতম খরগী কান্নগদৌবা করিগুম্বা থবক অমা তৌবা ঙম্মবসু মতমগী খোঙচৎ মতুং ইন্না থবক অহু অরেম্বদা মাঙহল্লী হায়বসি মতমতনা উগনি। তৌবা য়াব; থবক হায়ববু কালসর্প হায়বদি খারৌগা চাংদম্নরিবা নিত্য কাল অসিদগী নাম্থোকপা হায়বসিদনি। খারৌনা চীক্লবদি মতম পুম্বদা শিবা ঙাক্তনি। খারৌ-মান্‌বা কালগী মখুত্তগী নল্লগা প্রাকৃত গুণ অহুমদগী নাম্থোক্লবগী খ্বাইদগী ফবা হীদাক্তি ভগবদগীতানা তাকপা মতুং ইন্না ভক্তিযোগনি (১৪।২৬)। লৈপাক্কী কনবা থবক্তি হায়না পায়খৎলিবা ছিদ্র-লৈত্রবা খাংলেন খাংবা থৌরাংদি পৃথিবী পুম্বদা ভক্তিযোগ য়োনবা হোৎনরিবা থবক্তুদা মী খুদিংবু চঙহন্‌বা অসিনি, মরমদি মহুতনা মথক্তা পনখিবা কাল, কর্ম্ম অমসুং গুন্না মহুৎ ওইনা লৈরিবা মায়াগী মখুত্তগী মীয়াদু কনবা ঙমগনী। মসি ভগবদগীতানা চপ-চানা য়ারবা বানী (১৪।২৬)।

শ্লোক ৪৭

**অহস্তানি সহস্তানামপদানি চতুষ্পদাম্।**
**ফল্গূনি তত্র মহতাং জীবো জীবস্য জীবনম্ ॥ ৪৭ ॥**

শব্দার্থ

অহস্তানি—খুৎ-পান্দবশিং; সহস্তানাম্—খুৎ-পান্‌বশিংগী; অপদানি—খোঙ-পান্দবশিং; চতুষ্পদাম্—খোঙ-মরি-পান্‌বশিংগী; ফল্গূনি—পাঙ্গল-শোনবশিং; তত্র—মফমদুদা; মহতাম্—পাঙ্গল-লৈবশিংগী; জীবঃ—জীবনা; জীবস্য—জীবগী; জীবনম্—হিংনবা পাম্বৈ (জীবিকা)।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

খুৎ-পান্দবশিংনা খুৎ-পান্‌বশিংগী; খোঙ-পান্দবশিংনা খোঙ-মরি-পানবশিংগী (শা-শিংগী), পাঙ্গল শোনবশিংনা পাঙ্গল্লৈবশিংগী (জীব অপীকপনা অচৌবা জীবশিংগী) চীঙ্গাক্লি। মতৌ অসুম্না জীব অমনা অতোপ্পা জীব অমগী মচীঙ্গাক্লি।

নৈনরোল

হিংনবা লাম্বমদা হিংনবগী নিয়ম অমা ভগবান্‌গী ইচ্ছা মতুঙ ইন্না শেমহুনা লৈ। লক্তা খুজিন্-থৌরাং হৈহুনসু কনামতা হায়রিবসিদগী লাম্থোকপা ঙমদে। ভগবান্‌গী ইচ্ছগী মায়োক্তা প্রাকৃত জগৎসিদা লাক্লিবা জীবশিংনা মায়া-শক্তি কৌবা পরম-শক্তি অমগী মখা পোল্লী; মায়া-শক্তিসি ভগবান্‌গী থৌগল্লাই শক্তিনি। মায়া-শক্তিসিবু দৈবী শক্তিসু কৌয়ি। দৈবীশক্তিসিগী মখৌ.দা বদ্ধ-জীবশিংবু মৈচাক অহুম্না চাকহনবনি; মৈচাক অমদি নৈনরিবা শ্লোকসিদা হায়রি মহুদি পাঙ্গল শোনবশিংনা পাঙ্গল্লৈবগী চীঙ্গাক্লি। কনাগুম্বা অমতনা মঙোল্দগী হেন্না কন্নবা

অমনা আক্রমণ তৌরবদা মশাবু কনবা ঙমদে। ঈশ্বরগী ইচ্ছা মতুঙ ইন্না অশোনবা, হেন্না কনবা অদুগা পুঙহেন হেন্না কনবা হায়বা কাঙলুপ নিয়ম নাইনা থায়রি। কৈ অমনা মঙোন্দগী হেন্না শোনবা জীববু করি হায়নি মী ফাওববু চারবদা করিসু য়ারুনিঙাই লৈতে, মরমদি মদু পরমেশ্বর ভগবানগী বিধিনি। মীনা অতোপ্পা জাৎকী জীব চাদুনা হিংগদৌবনি হায়না ভগবানগী বিধিনা হায়রবসু য়াথল অফবগী বিধিসু লৈ, মরমদি মীওইবা জাতিদি শাস্ত্রশিংনা তাক্লিবা বিধিশিংদু ইন্ননবগীদমক লৈরিবনি। মসি মী নত্তবা শা-ঙাশিংগীদি ওইথোক্তবনি। মীওইবদি মশাবু শক-খঙনবগীদমক (আত্মা-উপলব্ধিগীদমক) মীওইবা হায়রিবনি; উপলব্ধিসি ঙম্মনবা হায়দুনা মহাক্তি ভগবান্দা হান্না কত্তবা পোৎ অমতা চাকদে। মনা-মশীঙ (শাক-সব্জী), উহৈ, উনা অমদি চেং-গেহুনচিংবা মরু-মরাঙগী চীঞ্জাক জাৎ পুম্নমক ভগবান্‌না মাগী ভক্তনা কৎলকপদা লৌই। উহৈগী মনামশীঙগী অমদি শঙ্গোমগী চীঞ্জাক মথেল মথেল ভগবান্দা কৎপা য়াই অদুগা কৎলিবা চীঞ্জাক্তু ভগবান্‌না ভোগ তৌরবা মতুঙদা মাগী ভক্তনা ভগবান্‌গী প্রসাদ অদু খূনগদবনি; অদুতদা হিংননবা লানফমদা ওইরিবা অৱাবা পুম্বা মথঙ মথঙ কোক্ককনি। য়াফমসি ভগবদ্গীতানা য়ারবনি (৯।২৬)। শা-ঙা চাবা মীশিংসু মখোয়না চাগদবা পোৎ অদু ভগবান্দা হাকথেংননদি নত্তনা ভগবান্‌গী থৌগন্নাই ওইবা দেব্-দেবী অমদা পূজাবিধিনা তাকপা মতুঙ ইন্না কৎপা য়াই। শাস্ত্রনা শা-ঙা চাবগী তাক্লিবা য়া মশিংদুদি শা-চাববু থৌগৎনবগীদমক নত্তে, নিয়ম-নীতি অমগী মথাদা থম্নগা শা চাবা থিংনবগীদমক্কি।

জীবনা মঙোন্দগী হেন্না পাঙ্গল-কন্‌বা জীবগী হিংননবা চীঞ্জাক্কি। কনামতনা করিগুম্বা ফীভমদা চীঞ্জাক ফংলোইদরা হায়না মিপাইনঙাই মরম লৈতে, মরমদি মফম খুদিংদা জীবগী জীব ঙাক্কি অদুনা করিগুম্বা মফমদা কনাগুম্বা জীব অমতনা চানঙাই লৈতবগী শিবা লৈতে। নারদনা মহারাজ যুধিষ্ঠিরবু মপল মতোন অনীদুনা চানঙাই লৈতদুনা য়ারমগনি হায়বগীদমক চিন্তা তৌগনু হায়না পাউত্তাকখি; মরমদি মখোয়না উমংদা ফংবা মনা-মশিং অফঙবদু ভগবান্‌গী প্রসাদ ওইনা চাদুনা লেল্লগা মুক্তিগী লম্বী ফংজগনি।

অশোনববু অকনবনা তুহৎপা হায়বসি সংসারদা হিংনবগী নিয়ম্নি। জীবশিংগী মথল কয়াগী লমদমদা অশোনববু উম্মনবা হোৎনবা ঙাক্কি। অসিবু থিংননবা খুৎশেম উপায় অমতা মায়িক অবস্থাদদি লৈতে। অসিবু থিংবদি মীওইবগী পারমার্থিক জ্ঞান অদু পরমার্থগী নিয়ম ঙাক্তুনা পোকহল্লগা ঙমগনি। পরমার্থগী চৈরাক্তি কনাগুম্বা মী অমবু হেন্না শোনবা শাশিংবু হাৎলগা অমরোমদনা মী অতৈবুনা শান্তিদা লৈমিন্ননবা তৌ হায়বদি হায়বা লৈতে। মী হায়বা জাৎনা শাশিংদদি শান্তিদা লৈহনবিক্রগা মীওইবগী সমাজদদি করম্না শান্তিপূর্ণ জীবন লেননবা আশা তৌগদৌরিবনো? মরমসিনা মীৎতাঙবা লুচিংবশিংনা পরমেশ্বর ভগবান্‌বু খঙনবা হোৎনগদবনি, অদুদগী ভগবান্‌গী রাজ্য অমা লৈহন্নবা হোৎনগদবনি। ভগবান্‌গী রাজ্য হায়বদি রাম-রাজ্য হায়বদো জগৎবাসী শিংগী মথম্মোইদা ভগবান্‌গী ভাবনা পোকহল্লবদি কদৌঙৈদসু ওইথোক্লোই।

শ্লোক ৪৮

**তদিদং ভগবান্‌ রাজন্নেক আত্মাত্মনাং স্বদৃক্‌।**
**অন্তরোঽনন্তরো ভাতি পশ্য তং মায়য়োরুধা ॥ ৪৮ ॥**

## শব্দার্থ

তৎ—মরমসিনা; ইদম্—জগৎ অসি; ভগবান্—ভগবান্; রাজন্—হে নিংথৌ; এক—অমত্তা ওায়বা; আত্মা—পরমাত্মা; আত্মনাম্—আত্মা পুম্নমক্কী; স্বদৃক্—মাগা মান্নবা; অন্তরঃ—মন্নুং; অনন্তরঃ—মপান্থোং; ভাতি—ওাল্লী; পশ্য—য়েংঙু; তম্—মাবু; মায়য়া—শক্তি ময়াম উৎতুনা; উরুধা—শক্লোন য়াম্না ওাল্লিবা।

## মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মরম্নত্থুনা, হে রাজন্, অমতা ওায়বা (অনীওুদ্রবা) মশাবু শক্তি মখল মখা শীজিন্নবগা উৎলিবা অত্থুগা মনুঙ মপাল অনীমক্তা লৈরিবা পরমেশ্বর ভগবান্ অত্থুতবু নহাক্না উননবা হৌবা চুম্মী।

## নৈনরোল

পরমেশ্বর ভগবান্দি অমতা ওায়বনি (অনীওুদবনি), অত্থুবু মহাক্না মশাবু শক্তি মখল মখা শীজন্নথুনা উৎলী মরমদি মহাক্তি মহৌশানা মুংওাইবগী মশক্তি (আনন্দময়-নি)। জীবশিংসিন্থু মহাক্কী তটস্থা শক্তিগী শকফোঙ ওাক্তনি অত্থুনা মথোয় পুম্বা, গুণগী মায়কৈরোমদগী য়েংলগদি, ভগবান্গা অমতনি। ভগবান্গী অন্তরঙ্গা বহিরঙ্গা শক্তিশিংগী মুং-পান্ অনীদা শীওলাক-ওমদবা জীব য়াম্না লৈ। দিব্য জগৎতি ভগবান্গী অন্তরঙ্গা শক্তিগী শকফোঙ অমা ওইবনা অন্তরঙ্গা শক্তিসিগী মনুঙদা লৈরিবা জীবশিংত্থু বহিরঙ্গা শক্তিনা মোৎহন্নবা শোকপা ওমদবা ওইনা ভগবান্গা মথোয়গা গুণগী মায়কৈদগী যেংলগদি থেন্নদে অমতনি। গুণগী মায়কৈদগী ভগবান্গা জীবগা অমতা ওইরবস্ত, জীবদি প্রাকৃত জগৎকা শম্নবদগী মোৎপা মরম্না বুদ্ধি-শেৎফাৎননা শকউৎলরে। মরমসিনা জীবনা প্রাকৃত জগৎসিদা অন্না-মুংওাইবা হায়না হায়নরিবত্থু ফংওী। ফংলিবা অন্না-মুংওাই-শিংসে মতম থরদগীনি, অত্থুগা মথোয়না আত্মাবু শোকপা ওমদে। অসিগুম্বা তুং-কোইদবা অন্না-মুংওাই ফংলিবসি জীবনা ভগবানগী গুণশিংগা মান্নবা মগুণশিংবু কাউথোকপদগীনি। অত্থুম ওইনমক ভগবান্ মশামক্তগী, মাগী মুং-পান্ অনীদগী, চাংনাইবা শক্তিগী ইচেল অমা থোরকই, মত্থুনা জীবগী পতিত ওইবা ফীভমত্থুবু চুমথোকপী। অপাম্বনা হোইরিবা জীববু মনুঙদগী পরমাত্মা ওইনা চুমথোকই অত্থুগা মপাল্লোমদগীনা মহাক্কী প্রকাশ ওইরিবা গুরু অমসুং শাস্ত্র-গ্রন্থশিংনা খুৎলাই ওইরগা জীববু চুমথোকই। ভগবান্বুদা য়েংত্থুনা লৈগদবনি, মপাম্থোংদা উৎলক্লিবা অন্না-মুংওাই কৌবত্থুনা পুক্নীং লাওতরুহল্লোইদবনি। অত্থুগী মহুত্তা মহাক ভগবান্গা লোয়ননা ভগবান্না পতিত ওইরবা জীবশিংবু চুমথোক্লবা। তৌরিবা মপাম্থোংগী থবকশিংদা য়াওশন্দুনা তৌমিন্নবা চুম্মী। অত্থুবু ভগবান্গী য়াথং ফংলগদা কনাগুম্বা অমনা দীক্ষা গুরু ওইগদৌবনি অত্থুগা ভগবান্গা লোয়ননা তৌমিন্নগদবনি। কনাগুম্বা মী অমতনা মশাগী কান্নবা ফংনবগীদমক, শেম্মুন্নচিংবা ফংনবগীদমক নত্রগা হিংননবা পাম্বে শিন্নম ওইনা দীক্ষা গুরু ওইকদে। ভগবান্গী থবক তৌননবা ভগবান্বু য়েংত্থুনা লৈবা শুদ্ধ ওইবা গুরুশিংদি গুণগী মায়কৈদগী য়েংলগা ভগবান্গা অমতনি, অত্থুগা হায়রিবসি কাউগনবা মীতাশিংনা মথোয়গী ওন্ন-তৈননা তাবা মমি ওাক্লি। মরমসিনা, যুধিষ্ঠির মহারাজদা অন্না-মুংওাই কৌনরিবা ময়ামসিদা পুক্নীং লাওতরুকদে হায়না নারদ মুনিনা পাউতাক পীথি; লাওতরুবা তোক্তুনা ভগবান্না করিগুম্বা অমা পাঙথোক্লে হায়না নোংম্মিরকপনিদা মাগা লোয়ননা তৌমিন্নবা ভগবান্বু ভম্না য়েংত্থুনা লৈকম থোকই হায়না নারদনা তাকপিথি। মত্থুনি যুধিষ্ঠিরনা তৌগদবা মরুওইবা থবক্তি।

### শ্লোক ৪৯

**সোঽয়মদ্য মহারাজ ভগবান্ ভূতভাবনঃ।**
**কালরূপোঽবতীর্ণোঽস্যামভাবায় সুরদ্বিষাম্ ॥ ৪৯॥**

#### শব্দার্থ

সঃ—মহাক (পরমেশ্বর ভগবান্); অয়ম্—ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণ; অদ্য—ঙসি, হৌজিক; মহারাজ—হে মহারাজ; ভগবান্—ভগবান্; ভূতভাবনঃ—জীবশিংবু শেম্বিবা নত্রগা শেমবা জীবশিংগী মপা; কালরূপঃ—লোয়নমকপু য়োংপা মতম মশক ওইরিবা; অবতীর্ণঃ—নোংগুমক্লে; অস্যাম্—জগৎসিদা; অভাবায়—লৈহন্দনবা; সুরদ্বিষাম্—দেবশিংগী য়েক্লবশিংগী।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

**পরমেশ্বর ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনা পুঙয়োৎ-য়োংপা মতমগী মশক ওইনা (কালরূপ) জগৎতগী লাইশিংগী য়েক্লবশিংবু লৈহন্নরোই হায়দুনা পৃথিবীদা হৌজিক অবতার ওৌরে।**

#### নৈনরোল

কলকয়েংথিগনবা মীতা অদুগা হায়বা ইন্বা মীতা হায়বা মী কাঙলুপ অনী লৈ। পরমেশ্বর ভগবান্দি অমতনিনা অদুগা জীব পুম্নমক্কী মপা ওইবনিনা, কলক য়েংথি-চাউবা জীবশিংসু মাগী মচা ওাক্নি, অদুম ওইনমক মখোয়দুবু অসুর (সুর-নত্তবা) হায়না খঙনৈ। অদুগা পরমপিতা শ্রীভগবান্না হায়বা ইন্বা জীবশিংবুনা দেবতা (*demigods*) হায়না খঙনৈ; মরমদি মখোয়বু প্রাকৃত জীবনগী বাথল্লা পুবা ওমদে। অসুরশিংদি ঈশ্বর লৈ হায়বফাওবা থাজদবমথৈ ঈশ্বরবু কলক্-য়েংথী, অদুগা মখোয়দি ওতৈ জীবশিংবুসু কলক্-য়েংথী। অসুরশিংনা নম্না জগৎতা লৈবদু মরক মরক্তা ভগবান্না জগৎসিদা মখোয়বু সংহার তৌদুনা শেংদোকই অদুগা পাওবকুম্বা দেবতাশিংগী শাসন অমা লিংঙী। মহাকপু কালগী মশক লৌবা (কালরূপ) হায়বা বাসি অর্থ-লৈবা অমনি। মহাক অতোপ্পদা খুদোংথীনঙাই শূকওই ওইদে, অদুবু মহাক্কি সৎ-চিৎ আনন্দময় ওইবা দিব্যরূপনি। ভক্তশিংগীদমক্তি মহাক্না মহাক্কী তওইবা শক অদু ফোঙদোকই অদুগা ভক্ত নত্তবশিংগীদমক্তি মহাক কালরূপ ওইনা থোরকই, রূপসিদি মহাক্কী কারণ-রূপ হায়বদুনি। ভগবান্ কালরূপসি অসুরশিংনদি য়েংবদা মুংঙাইজদে; মরমদুনা মখোয়না ভগবান্বু শক্নাইদবনি হায়না খল্লী, করিনা, মদুতদা মখোয়বু ভগবান্না মায়থীবা পীবা ওয়োই হায়না মখোয়না পুক্নীং লুম্না লৈবা ওমগনি।

### শ্লোক ৫০

**নিষ্পাদিতং দেবকৃত্যমবশেষং প্রতীক্ষতে।**
**তাবদ্‌যূয়মবেক্ষধ্বং ভবেদ্ যাবদিহেশ্বরঃ ॥ ৫০॥**

#### শব্দার্থ

নিষ্পাদিতম্—পাঙথোকপা; দেবকৃত্যম্—দেবতাশিংগীদমক তৌবিফম থোকপা থবক; অবশেষম্—অরেম্বা শক্লক্; প্রতীক্ষতে—ঙায়রি; তাবৎ—মতমদুকাওবা; যূয়ম্—নখোয় পাণ্ডবপুম্বা; অবেক্ষধ্বং—য়েংদুনা ঙাইয়ু; ভবেৎ—লৈবা; যাবৎ—মতম অদুক শাংনা; ইহ—জগৎসিদা; ঈশ্বরঃ—ঈশ্বরনা।

## মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ভগবান্না দেবশিংগীদমক তৌবিকম থোকপত্থু তৌখরে অদুগা মহাক হৌজিক লেমহৌরিবা শরূক অদু তৌননবা ঙাইদুনা লৈরি। নথোয় পাণ্ডবশিংসু ভগবান্না ভূলোকসিদা লৈরিবমথৈ ঙাইবা য়ারি।

## নৈনরোল

ভগবান্দবু কগস-ং'ংথিবা নত্তবা, মাগী ভক্তশিংবুসু য়েংথিরবা অসুরশিংনা প্রাকৃত জগৎসিগী শাসন-পুবা দেবতাশিংবু ওৎ-নৈবিবা মতমদা দেবতাশিংবু তেঙবাঙবিগে হায়বগীদমক ভগবান্না বৈকুণ্ঠ আকাশদা লোক-পুম্বগী মথক্তা লৈবা মাগী ময়ুম (কৃষ্ণলোক) অদুদগী নোংগুম্নকই। মথক্তা হায়খিবদুনি, বদ্ধ জীবশিংনা মশা মশানা পামজবদগী প্রকৃতিগা শন্নৈ, মদু করিদগীনো হায়ববু প্রাকৃত জগৎকী লৈজরিবা মরলশিংগী মপু ওইবদু মথোযনা পামজৈ, অদুনা মথোয়ন। উরু-উরুবা পুম্নমক্কী মপু ওইবা শাশন্নৈ। মীপুম খুদিংমক শাশন্নবা ঈশ্বর অমমম ওইনীঙভী: অসিগুম্বা শাশন্নরিবা ঈশ্বরগী মরক্তসু অমনা অমদগী হেন্নবা তান্নৈ। অসুন্না তান্নরিবা মীতাশিংসে অসুর হায়না খ্বায়না থঙনৈ। জগৎসিদা অসুরনা য়াম্না হেন্না লৈরবা মতমদা ভগবদ্ভক্তশিংগী মফমদা জগৎসি নরক ওল্লকই। অসুরশিংনা হেজ্জৎলকপা মরম্না ভগবান্গী মফমদা মহৌশানা ভক্তি-লৈবা মীয়াম্নে অদুগা অৱাঙবা লোকশিংদা লৈবা দেবতাশিং য়াওনা ভগবান্গী শুদ্ধভক্তশিংনে অসুরনা ওৎপদু কোক্লনবগীদমক ভগবান্দা প্রার্থনা তৌজৈ। মদুদা লৈখা-তারবা মীওইবা সমাজগী অদুগা শাশিংগী সমাজগী ফীভম শেমদোক্লবগীদমক ভগবান্ মশামক মাগী লোক-দগী কুম্লক্লগা কুম্লক্লে নক্ৰগা মহাক্কী ভক্ত থরবু মদুৎ ওইনা থবক পাঙথোক্লবা থারকই। অসিগুম্বা মীওইবা সমাজগীদা থোক্লরিবা অকায়বসি মীওইবশিংগীদদা নত্তনা শা-উচেক্লচিংবা জীব অতৈগী অদুগা অৱাঙবা লোকশিংদা লৈবা দেবতাশিং মরক্তা ক্কাওবা থোকই। ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণ মশামক্লা কংস, জরাসন্ধ অমসুং শিশুপাল-নচিংবা অসুরশিংবু মায়থীবা পীনবগীদমক অবতার তৌবিখি, অদুগা মহারাজ যুধিষ্ঠিরনা পাল্লৈঙেদা অয়াম্বা অসুরশিংসে ভগবান্না হাৎখিবনি। হৌজিক মহাক্লা মহাক্কী ইচ্ছাদগী জগৎসিদা থোরকপা যদুবংশ কৌবা মশামক্কী বংশদুনা তুম্বা মুমীৎ ঙায়রম্মী। মহাক্লা মহাক্কী নিত্যধামদা হল্লিঙৈগী মমাঙদা মাগী শাগৈগী ময়ামদুবু পুম্বা পামখি। নারদনা যদুশাগৈগী তুমগদবা নকশল্লক্লে হায়বদো বিদুরনা তৌবগুম্না হায়দোক্লমদে, অদুবু নাক্তোয়ননা নিংথৌদা অমসুং মনাওশিংদা যদুশাগৈনা তুম্বা অদুগা ভগবান্না তিরোভাব ওইবকাওবা ঙাইয়ু হায়না ইঙ্গিত তৌখি।

### শ্লোক ৫১

**ধৃতরাষ্ট্রঃ সহ ভ্রাত্রা গান্ধার্য্যা চ স্বভার্য্যয়া।**
**দক্ষিণেন হিমবত ঋষীণামাশ্রমং গতঃ ॥৫১॥**

### শব্দার্থ

**ধৃতরাষ্ট্রঃ**—ধৃতরাষ্ট্র; **সহ**—লোয়ননা; **ভ্রাত্রা**—মনাওমুপা বিদুরগা; **গান্ধার্য্যা**—গান্ধারীগা; **চ**—অমসুং; **স্বভার্য্যয়া**—মশামক্কী মুপীগা; **দক্ষিণেন**—মখা পাংনা; **হিমবতঃ**—হিমলয় চীঙশাঙগী; **ঋষীণাম্**—ঋষিশিংগী; **আশ্রমম**—আশ্রমদা; **গতঃ**—লেঙখ্রে।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে মহারাজ, নপল-বুংঙো ধৃতরাষ্ট্রদি মনাওবুংঙো বিছুর অমস্তুং মাগী ভার্য্যা গান্ধারীগা লোয়ননা হিমালয় পর্ব্বতকী খারোমদা লৈবা ঋষিশিংগী আশ্রমদা লেঙখ্রে।

লৈনরোল

পুক্লীং-থারবা মহারাজ যুধিষ্ঠিরবু থেমজন্নবগীদমক নারদনা ইহান হান্ববা দার্শনিক ওইবা মীৎ-য়েংদগী বা ভাওলমী, অতুদগী মহাক্লদি হান্না উবা ঙম্বা শক্তিনা উরন্নবা ধৃতরাষ্ট্রগী তুংদা ওইরকদবা থবকশিংদো হায়বা হৌথি। মতু মথাগী অন্নুম্না হৌথিবনি।

শ্লোক ৫২

**স্রোতোভিঃ সপ্তভির্যা বৈ স্বর্ধুনী সপ্তধা ব্যধাৎ।**
**সপ্তানাং প্রীতয়ে নানা সপ্তস্রোতঃ প্রচক্ষতে॥ ৫২॥**

শব্দার্থ

স্রোতোভিঃ—ঈচেলশিং; সপ্তভিঃ—তরেৎনা; যা—মতু; বৈ—লেপ্পমক; স্বর্ধুনী—গঙ্গা তুরেল; সপ্তধা—তরেৎথোক্লা; ব্যধাৎ—থোকহন্‌থি; সপ্তানাম্—(ঋষি) তরেৎকী; প্রীতয়ে—পেন্নবগীদমক; নানা—মখল মখা; সপ্তস্রোতঃ—মরু-তরেৎ (সপ্তস্রোত); প্রচক্ষতে—হায়না খঙনৈ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মফম অতু সপ্তস্রোত (তরেৎ থোক্লা খায়দোক্লবা) হায়না খঙনৈ মরমদি মফমতুদা গঙ্গা তুরেলগী লাইজতু মাশা তরেৎ লোঙনা খায়দোকখি। মন্নুম খায়দোকখিবসে ঋষি তরেৎপু পেলহন্নবগীদমক্তনি।

শ্লোক ৫৩

**স্নাত্বানুসবনং তস্মিন্ হুত্বা চাগ্নিং যথাবিধি।**
**অব্‌ভক্ষ উপশান্তাত্মা স আস্তে বিগতৈষণঃ॥ ৫৩॥**

শব্দার্থ

স্নাত্বা—ইরুজতুনা; অনুসবনম্—চাংনাইনা অহুম্নক (অয়ুক, নুমীৎয়ুংবা অমস্তুং য়াচঙবা); তস্মিন্—গঙ্গাস্রোতদা; হুত্বা—অগ্নিহোত্র হায়বা যজ্ঞ তৌতুনা; চ—অমস্তুং; অগ্নিম্—মৈদা; যথাবিধি—হৌনবী মতুং ইন্না; অব্‌ভক্ষ—চাবগী মচুত্তা ঈশীংদমক থকখি; উপশান্ত—মপুঙফানা কারবা; আত্মা—পুক্লীং; (উপশান্ত-আত্মা—পুক্লীং অমদি ইন্দ্রিয় খুতুম চল্লবা); সঃ—মহাক (ধৃতরাষ্ট্র); আস্তে—লৈরি; বিগত—চংথ্রবা, য়াওত্রবা; এষণঃ—ইমুং মনুংগী য়াইফনবগী রাখল পুম্না।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মফমতুদা (সপ্তস্রোতদা) চাং নাইনা অহুম্নক (হায়বদি প্রাতঃ, মধ্যাহ্ন অদুগা সায়ংসন্ধ্যা অহুমদা) ইরুজতুনা, মৈদা অগ্নিহোত্র যজ্ঞ কৎতুনা অদুগা ঈশীংদমক থকুনা ধৃতরাষ্ট্রনা অষ্টাঙ্গ-যোগ সাধন তৌবা হৌরে। মপুক্লীং অমদি ইন্দ্রিয়শিংবু রারকুনা ইমুংমচুংগী য়াইফনবগী চিন্তা থাদোকুনা মহাক লৈরে।

মৈনয়েংলন

অষ্টাঙ্গ-যোগ হায়বসি পুল্লীং অমসুং ইন্দ্রিয় থুক্কুম চল্লবা অমসুং আধিভৌতিক ওইবা মায়কৈ-দগী আধ্যাত্মিক ওইবা মায়কৈদা থৌদোক্লবা শাজেল মথল অমনি। অহোৌবা নিয়মশিংদি আসন (ফম্বগী মওঙ), ধ্যান, আধ্যাত্মিক চিন্তা, মুংশাসোর শান্নবা, অদুদগী চঙশল্লকুনা সমাধিদা পরমা-ত্মাগা মায়য়োক্লনা লৈবা অসিনি। আধ্যাত্মিক ফমপাক কাবা য়াননবা অসিগুম্বা শাজেল তৌবা তাস্লবদি চাং নাইনা নোংমগী মকুঙদা অমুমক ইকল্লগদবনি, য়াম্নিরমখৈ চাররোইদৌবনি, আসন শান্নদুনা অদুগা আধ্যাত্মিক চিন্তাদা লুপ্লগা মুম মুম চঙশল্লকপনা মুম-কৈ-দগী বিষয়দগী লাম্থোকদবনি। সংসারদা লৈবা হায়বসিদি ইন্দ্রিয়শিংগী বিষয়দা লুপ্লনি, ম. পুম্নমক মায়া ঙাক্তনি অওইবা অমতা নত্তে। য়ুম কৈ. লৈবাক (দেশ), ইমুং মমুং (পরিবার), সমাজ, মচা-মশু, লম্হ্রম, অদুগা শেন্তান্‌বগী থবক্লচিংবা পুম্নমকসি আত্মাবু কুপ্পা লৈবা মায়িক ওইবা পোংঙাক্তনি অসিগুম্বা ওইদবা বাথল্‌শিংদগী মুক্তি ফংননবা অদুগা পরমাত্মাগী মায়কৈদা অমুম অমুম চঙশন্নবা তৌবদা অষ্টাঙ্গযোগগী সাধনশিনা মতেং পী। প্রকৃতিগা সল্ল তৌবনা অদুগা প্রাকৃত ওইবা শিক্ষা ফংবনা ঐখোয়না তুংকোইদবা পোত্তাশিং অসিদমক থল্লী, থল্লিবা পুম্বসিবু পুঙকাউ কাউনবা সাধন অদুনা যোগ-সাধন হায়বসিনি। হৌজিক্কালগী যোগীনি অদুগা মখোয়গী যোগ সাধন্নি হায়রিবসিদি মীৎত্রংগী থবক থরা উৎলী, অদুগা থঙদবা মীতাশিংগী মপুক্লীং ওইত্রবা থৌদোৌশিংসিনা চিংশল্লী, হায়বদি মখোয়না অপোৌবা হকচাঙগী অনাবা কোক্লবা মমল-হোঙবা সাধন অমনি হায়না যোগবু লৌই। অদুবু অওইবদি যোগ সাধনগী মখৌদি ঐখোয়না থরায় হিংননবা হোংনবদা ঐখোয়না তান্‌শল্লুবা ইপোৎ-ইবল পুম্নবু কাউথোকপা হৈননবনি। ধৃতরাষ্ট্রনা নহাল মখৈ মচাশিংবু অবাংবা থাক্কী পুন্সি মরেল লেললন্দুনা অদুগা মচাশিংগীদমক পাণ্ডবশিংগী মরল মুন্দুনা ইমুং-মমুংগী ওইবা বিষয় ফগৎহন্নবদা তৌদুনা লাক্লম্বনি। মমুম্না তৌবসি ঘোর সংসারী ওইবা অদুগা আধ্যাত্মিক শাফুনা ফুত্রবা মীতাশিংনা তৌবা থৌদৌ ঙাক্তনি। মসিগুম্বা মতৌনা মী অমবু স্বর্গদগী নরক তান্না চিংথৈ হায়বসে মখোয়না উবা ফংদে। ধৃতরাষ্ট্রদি মনাওমুপা বিদুরগী কৃপাদগী জ্ঞান তাক্লে অমসুং মহাত্মা বিদুরগী তৌক্লবা থবকশিংদু অরেম্বনি হায়বা উবা ঙম্লে; অমুম্না জ্ঞান তাক্লদুনা মহাক আত্মাবু উপলব্ধি তৌননবগীদমক য়ুম থাদোকপা ঙমখি। গঙ্গা তুরেল্লা শেংদোক্লবা মফম অমদা মহাত্মা আধ্যাত্মিক সাধনদা খোঙদানবগী বাদো শ্রীনারদ মুনিনা তাক্লমী। মপঙ চাদদুনা ঈশীং ঙাক্তা থকপসু চরা-হেন্‌বা (উপবাস) কৌয়ি। আধ্যাত্মিক জ্ঞানগী মায়কৈদা চাউথওনবগী মসি তৌদবা য়াদবনি। অপঙবা কনামন্না চাং-নাইবা নিয়মশিং অসি ঙাক্তুগা মমল-হোঙবা যোগী অমা ওইনীঙই। অহানন্দা মচীম্ মরৈবু ফাজন্‌বা (চানীঙ-থল্লীঙবা তোকপা) শুমত্রবদি কনামতনা যোগী ওইবা ঙম্লোই। যোগীগা ভোগীগা অনীসি অমগা অমগা য়ানদবঃ শদনি। ভোগী হায়বদি চারগা থক্লগা লোইরে হায়বা মীদি যোগী ওইবা ঙমদে মরমদি যোগীদি পঙচা চা পঙক থক তৌবা য়াদে। ধৃতরাষ্ট্রনা ঈশীংজমক থক্লগা অদুগা আধ্যাত্মিক ওইবা ঈরাংগী মফমদা পুক্লীং নেল্লা ফমদুনা পরমেশ্বর ভগবান্ শ্রীহরিগী বাখল্দা লুনা লুপ্লগা মাগী যোগ সাধন হৌখিবগী থাক্সি লৌশনবদা ঐখোয়গী কান্নবা ওইগনি।

শ্লোক ৫৪

জিতাসনো জিতশ্বাসঃ প্রত্যাহৃতষড়িন্দ্রিয়ঃ।
হরিভাবনয়া ধ্বস্তরজঃ সত্ত্বতমোমলঃ ॥৫৪॥

### শব্দার্থ

জিত-আসনঃ—যোগকী আসন শাম্লবা হৈরবা; জিতশ্বাসঃ—মুংশাসোর জয় তৌরবা; প্রত্যাহৃত—হন্দোকপা; ষট্—তরুক; ইন্দ্রিয়ঃ—ইন্দ্রিয়; হরিভাবনয়া—হরিবু খনবক্তনা; প্রস্ত—কোম্লবা; রজঃ সত্ত্বতমঃ—সত্ত্ব-রজ-তম-গুণ; মলঃ—অমোংপা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ধৃতরাষ্ট্রহু হৌজিক যোগ-আসন শুম্লে, মুংশাসোর জয় তৌরে, শব্দনচিংবা ইন্দ্রিয় তরুকী বিষয়দগী হন্দোক্লে, প্রাকৃত সত্ত্ব-রজ-তমগী অমোংপা অহু হরিবু খনবদগী কোক্লে।

### নৈনরোল

যোগকী মার্গদা অহান্‌বা তৌগদবা থবক্তি আসন, প্রণায়াম, প্রত্যাহার, ধ্যান, ধারণা-অসিনচিংবনি। অহানবদা তৌগদবা থবকশিং অসি মহারাজ ধৃতরাষ্ট্রদো পাওথোকপা ওম্বা তারম্মী মরমদি মহাক শেংদোক্লবা মফমদা যম্লম্মী অহুগা পরমেশ্বর ভগবান (হরি) অহুতবু খন্দুনা লৈরম্মী। মতৌ অসুম্না মহাকী ইন্দ্রিয় শুম্লক ভগবান্‌গী সেবাদা শীজিন্নরম্মী। সাধন অসিনা প্রাকৃত গুণ অহুম্না মোংহনবদগী নাম্থোক্লবা তৌবদা ভক্তদা তেঙবাঙগী। প্রাকৃত সত্ত্ব গুণ হায়বা গুণ অহুমগী মরক্তা পৃঙবাঙ যাঙলিবা গুণ অসি কাওবা মায়া-বন্ধনগী মরম অমনি। অহুনা রজঃগা তমঃগা গুণ অনীগী যাদি করিমূক হায়রুগনি। মায়াগী ওইবা পোৎপু ভোগ তৌনীংবহু রজঃ অমসুং তমঃ হায়বসিনা হেন্দংহন্নি, অহুনা মরাই-কল্লবা কামগী যাথল অমনা লন্‌গা শক্তিগা অনী তানসম্নীংহল্লী। অপীকপা পৃকচেল অনীসিবু জয় তৌরবা অহুগা জ্ঞান অমসুং মীত্তিনা থল্লবা সত্ত্বগী ফম্পাক্তা মশাবু থাঙৎপা ওম্লবা মীনম্ব মীৎ, লৈয়েং, নাতোন, নাকোঙ অহুগা শোকপা (স্পর্শ) কৌবা ইন্দ্রিয়শিংবু লাকথুবা (সংযম) তৌবা ওমদে। অহুবু মথক্তা হায়খিবগুম্না, ভগবান্ শ্রীহরিগী থুয়া থম্বান্দা কনা অমনা মশাবু কথোকপা ওম্লবদি মায়িক গুণশিংগী মতীক মরাইদগী নাম্থোকপা অমসুং ভগবান্‌গী সেবাদা চপ যুংনা লৈবা ওম্লগনি। মরমসিনা ভক্তিযোগ হায়বা সাধন অসিনা ভগবান্‌গী প্রেম সেবাদা ইন্দ্রিয়শিংবু চুমজিংনা থৈনসল্লি। মসিনা ভক্ত অহুবু মায়িক কর্মশিংদা চঙগদৌবদগী থামদোকই। মায়িক বিষয় পাম্বদগী ভগবানগী প্রেম-সেবাদা মায়-ওনসনহনবা নিয়মসু 'প্রত্যাহার' কৌই, অহুগা হাযরিবা নিয়মসিমকপু প্রণায়াম্ কৌরগা সমাধিদা লোম্মী, হায়বদি পরমেশ্বর ভগবান হরিবু উপায অমা হেক্তনা পেলহনবা ওম্মী।

### শ্লোক ৫৫

**বিজ্ঞানাত্মনি সংযোজ্য ক্ষেত্রজ্ঞে প্রবিলাপ্য তম্।**
**ব্রহ্মণ্যাত্মানমাধারে ঘটাম্বরিবাম্বরে ॥ ৫৫ ॥**

### শব্দার্থ

বিজ্ঞান—শেংদোক্লবা মশক; আত্মনি—মুখিদা; সংযোজ্য—মপুঙ ফাবা তাপচরগা, ক্ষেত্রজ্ঞে—জীবগী মরমদা; প্রবিলাপ্য—লুপশনহনগা; তম্—মাবু; ব্রহ্মণি—ব্রহ্মদা; আত্মানম্—শুদ্ধ জীব; আধারে—মফমদা; ঘট-অম্বরম্—ঘটগী অহাওবা; ইব—ওম্না; অম্বরে—পম্বৈকুণ্ঠদা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ধৃতরাষ্ট্রনা মাগী অহঙ্কারগী তুঙকম ওইবা সুক্ষ্মদেহবু বিজ্ঞানগী মশক ওইবা বুদ্ধিদা হাপচল্লগনি অদুগা জীবাত্মা ওইনা মাগা পরব্রহ্মগা গুণগী মায়কৈদগী অমতনি খেন্নবা লৈতে হায়বদু খঙনা পরব্রহ্মগা তিনপ্রনি। ঘট-কী অহাঙবনা ( আকাশনা ) মহাকাশদা ( পরবৈকুণ্ঠদা ) তিনবগুম্না মহাক বৈকুণ্ঠদা কাপ্রগনি।

নৈনরোল

জীবনা প্রাকৃত জগৎকী মপু ওইনীংবদগী অদুগা ভগবান্‌গা থবক তৌমিন্নবা য়ানীংদবদগী প্রাকৃত জগৎকী মপুম ওইবা মহৎ-তত্ত্বগা শর়ে; মহৎ-তত্ত্বদগী মহাক প্রাকৃত জগৎ, বুদ্ধি, মন অমসুং ইন্দ্রিয়শিংগা মাগা অমতা ওইরে হায়বা মাগী শেরান্নবা মশক অদু ওইরকই মসিনা মাগী অশেঙবা চিংকী ওইবা মশক অদু কৃপশল্লম্মী। যোগ সাধন তৌরগা মহাক্না অশেঙবা মশক অদু খঙলব মতামদা মাগী স্থূল মহাভূত মঙা, সূক্ষ্ম মহাভূত, মন, বুদ্ধিবু পুল্লপ পুললগা মাগী হৌরকফম মহৎতত্ত্বদা অমুক তিল্লুনি। অদুদগী অমুক মহৎ-তত্ত্বদগী লাম্থোরল্লগা পরমাত্মাদা তিল্লুগনি। অমরোমদা পুথোকুনা হায়রগা, মহাক গুণগী মায়কৈদগী মাগা পরমাত্মাগা খেন্নদে হায়বসি মহাক খঙলকনি অদুগা মাগী বিশুদ্ধ ওইরবা বুদ্ধিগী মপান্না প্রাকৃত আকাশ লাম্থে.কনি, মতৌ অদুম তৌরগা ভগবান্‌গী প্রেম সেবাদা চঙজবা ঙমগনি। জীবাত্মাগী মপুঙ ফানা চাওখৎপা হায়বদু মসিনি, চাওখৎপগী থাক অসি ধৃতরাষ্ট্রনা বিদুর অমসুং ভগবান্‌গী কৃপানা ফংজখি। মহাকা বিদুরগা শয়রুবা মরমদগী ভগবান্না মাবু কৃপাসি তৌরিবনি; মহাক্না বিদুরগী পাঁউতাক মতুঙইন্না সাধন চপচানা তৌবা মতমদা মহাক্না পরমপদ ফংননবগী মতাঙদা ভগবান্না মঙোন্দা তেঙবাংখি।

ভগবান্‌গী শুদ্ধ ভক্তদি প্রাকৃত আকাশদা লৈবা লোক অমতদা লৈতে অদুগা প্রাকৃত মহাভূতশিংগা শম্নদে। মহাকী প্রাকৃত দেহনি হায়বদু লৈত্রে মরমদি ভগবান্‌গা মাগা বাখল মান্নখিবদগী থোরকপা মাগী দেহদু চিন্ময় ওইপ্রে। মরমদুনা মহাক মতম পুম্বদা মহৎ-তত্ত্বগী অমোংপা পুম্নমক্কী শেংদোক্লবা ওইদুনা লৈরে। মহাক মতম পুম্নমক্তা বৈকুণ্ঠ আকাশদা লৈ, অমুম্না মানা লৈবা ফংলিবসি মাগী ভক্তিযোগগী পান্থনা আত্মাবু মরোল তরেৎ লোম্নগা কৃপম্বা প্রাকৃত আবরণ ( কুপ্পা ) অদু লাম্থোকপা ঙম্বননি। বদ্ধ জীবদি আবরণ-শিংসিগী মনুঙদা লৈ অদুগা অরাণখুত্তম ফংলবা ( মুক্ত ) আত্মা'দ আবরণশিংদগী য়াম্না লাপ্না লৈ।

শ্লোক ৫৬

ধ্বস্তমায়াগুণোদার্কো নিরুদ্ধকরণাশয়ঃ।
নিবর্ত্তিতাখিলাহার আস্তে স্থাণুরিবা চলঃ।
তস্যান্তরায়ো মৈবাভূঃ সংন্যস্তাখিল কর্ম্মণঃ॥ ৫৬॥

শব্দার্থ

ধ্বস্ত—মাঙলবা; মায়াগুণ—প্রাকৃত গুণশিং; উদর্কঃ—থোরকপা ফলশিং; নিরুদ্ধ—খিংবা; করণ-আশয়ঃ—ইন্দ্রিয়শিং অমসুং পূরীং; নিবর্ত্তিত—লেপপ্রে; অখিল—পুম্বা; আহার—ইন্দ্রিয়শিংগী মচীঙ্গাক, আস্তে—ফম্লি স্থাণুঃ—চপ-য়ুংনা লেঙদবা; ইব—গুম্না; অচলঃ—লেঙ-খোঙদবা; তস্য—মহাকী, অন্তরায়ঃ—অপন্‌-অরাকু; মা এব—মতুঙুম্না কদৌঙৈদসু ওইদে; অভূঃ—ওইবা; সন্ন্যস্ত—পুঙথা-থারবা; অখিল—মখল পুম্বা; কর্ম্মণঃ—সংসারগী ওইবা মথৌশিং।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রাকৃত গুণশিংগী মথা পোন্‌বদগী ইন্দ্রিয়শিংনা মুং-পান অনীমক্তা তৌবা থবক পুম্নমক মহাক্কীদি পুঙলেপ লেপ্লগনি। প্রাকৃত জগৎতা তৌগদবা থবক পুম্নমক থাদোক্লবা মতুঙদা মহাক চপ-মুংনা লেপ্‌লুনা লৈরবা পোৎ অমগুম্না অপন্‌-অরাক্‌ পুম্বগী রাংমদা ইরেঙ-লেঙদবমথৈ লৈরগনি।

### নৈনরোল

ধৃতরাষ্ট্র হৌজিক প্রাকৃত সঙ্গদগী ওইরকপা ফীভমশিংত্থু য়াওরবা মতাঙত্থু অষ্টাঙ্গ যোগ সাধন তৌবদগী য়োরে। প্রাকৃতগুণশিংগী ফলশিংনা ফল-ফংলিবা জীববু চিংদুনা চোকথবা নাইদবমথৈ বিষয় ভোগ তৌহল্লী, অদুবু অসিগুম্বা ওইদবা ভোগ তৌরোই হায়রবদি অষ্টাঙ্গ যোগ সাধন তৌরগদি তৌদবা ঙম্মী। ইন্দ্রিয় থুদিংমক মচীঞ্জাক থিদুনদা লৈ, মতৌ অসিনা বদ্ধজীবদা মায়কৈ মরিমক্তগী ফুজল্লকই, অদুনা মহাক করিগুম্বা থবক অমথক্তা পায়ত্থুনা লৈবগী তাঞ্জা ফংদে। নারদ মুনিনা মহারাজ যুধিষ্ঠিরদা পীরম্বা পাউতাক্তি মপল-ইবুংঙোহ্নব য়ুমদা অমূক হন্না পুরক্লগা মাগী পুক্নীংগী শান্তিত্থু থুগাই-বিদবা অসিনি। মাবু হৌজিক প্রাকৃত ওইবা পোৎ অমতনা গুমহৎপা ঙম্লরোই। প্রাকৃতগুণশিংগীদি তোঙান্‌-তোঙান্‌বা থবক য়াম্না লৈ, অদুবু প্রাকৃতগুণশিংগী মথক্তা চিন্ময়গুণ কৌবা অমতা ঙায়বা অমা লৈ। নির্গুণ-গী অর্থদি ফল-লৈতবা হায়বনি। চিন্ময় গুণগা মাগী ফলগদি চপমান্নে থেন্নদে, মরমসিনা চিন্ময় গুণবু প্রাকৃতগুণগা থেন্নবা তারুবা নির্গুণ হায়না কৌই। প্রাকৃতগুণশিংবু মপুঙ ফানা থিংলবা জীবতবু চিন্ময় আকাশদা চঙহল্লী, অদুগা চিন্ময়গুণশিংনা তৌ হায়বা থবকপু ভক্তি কৌই। অদুনা অদ্বয়তত্ত্ব পরব্রহ্মাগা সাক্ষাৎ সম্বন্ধ লৈবদগী ফংবা নির্গুণ অদু ভক্তিনি।

### শ্লোক ৫৭

**স বা অদ্যতনাদ্ রাজন্ পরতঃ পঞ্চমেঽহনি।**
**কলেবরং হাস্যতি স্বং তচ্চ ভস্মীভবিষ্যতি ॥ ৫৭ ॥**

### শব্দার্থ

সঃ—মহাক; বা—ওইবা য়াই; অদ্যতনাৎ—ঙসিদগী; রাজন্—হে নিংথৌ; পরতঃ—মতুঙ; পঞ্চমে—মঙা শুবা; অহনি—নুমিত্তা; কলেবরম্—হকচাঙ; হাস্যতি—থাদোকনি; স্বং—মশামক্কী; তৎ—মদু; চ—সু; ভস্মী—উৎ; ভবিষ্যতি—ওন্‌গনি।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে, মহারাজ, মহাক ওইবা তারবদা ঙসিদগী মঙানিশুবা নুমিত্তা মশামক্কী দেহ থাদোক্কনি। অদুগা মাগী দেহসু উৎ ওনগনি।

### নৈনরোল

নারদ মুনিনা ভুংগী ওইরক্কদবা বা হায়বসিনা মহারাজ যুধিষ্ঠিরবু মপল-নিংথৌগী নাক্তা চৎলুরগনু হায়রিবনি, মরমদি ধৃতরাষ্ট্রগী যৌগিক শক্তিনা মশামক্কী দেহত্থু থাদোক্লবা মতুঙদসু পোৎলোইগদৌবা লৈত্রে। মাগী দেহ মথক্তা মৈ হৌদুনা চাক্লগা উৎ ওনগ্রগনি হায়নসু নারদ মুনিনা উৎলম্লে। অসিগুম্বা যৌগিক শক্তি অসি চেন্নগদা যোগ সাধনগী মপুঙ ফাবা হায়বত্থু ওইবনি। যোগীদি মহাক্না পাম্বা মতমদা মাগী দেহ থাদোকপা ঙম্মী অদুগা মথক্তনা থোকহনবা মৈনা মাগী দেহত্থু চাকুনা উৎ ওইহল্লগা মহাক্না পামজবা লোক অমদা মহাক কাবা ঙম্মী।

শ্লোক ৫৮

দহ্যমানেঽগ্নিভির্দেহে পত্যুঃ পত্নী সহোটজে।
বহিঃ স্থিতা পতিং সাধ্বী তমগ্নিমনুবেক্ষ্যতি ॥ ৫৮ ॥

শব্দার্থ

দহ্যমানে—চাক্লিভৈদা; অগ্নিভিঃ—মৈনা; দেহে—হকচাঙ; পত্যুঃ—মপুরোইবগী; পত্নী—ভ্যালোইনা; সহ-উটজে—ইশী খাঙপোকশঙগা লোয়ননা; বহিঃ—মপান্দা; স্থিতা—লৈবা; পতিম্—মপুরোইববু; সাধ্বী—ধর্ম্মচেনবী; তম্—মহৃ; অগ্নিম্—মৈবু; অনুবেক্ষ্যতি—মুমা য়েংলগা মৈমুংদা চঙগনি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মাগী খাঙপোক্কশঙগা লোয়ননা মপুরোইবগী দেহহৃ যোগাগ্নিনা চাক্লিভৈদা মপান্দা লৈরগা মৈদা চাক্লিবা মপুরোইববু মুমা য়েংলগা মপুরোইবা নীঙবী গান্ধারীনা মৈমুংদা চঙথি।

মৈনবোল

গান্ধারী ফিদমঙাই ওইবী সতী সাধ্বী অদুগা মপুরোইবগা পুন্সি চুপ্পা লোইনবী অমনি। অদুনা মপুরোইবনা মাগী খাঙপোকশঙগা লোয়ননা মৈদা চাক্লম্বদু উবদা মহাক্কী নীঙবা কায়থি। মহাক্না ময়ুম থাদোকখিবদু মচামুপা চামা শিখ্রবা মতুঙদনি অদুগা বন মমুঙদা মহাক্কী হুংশিরবা মপুরোইবনা মৈ চাক্লম্বসু মহাক্না উরুরে। হৌজিক্তি মাগীনি হায়বা কনামত্তা উদ্রে, মরমদুনা মপুরোইবগী দেহ চাক্লম্বা মৈদুগী মনুঙদা চঙদুনা মপুরোইবগী তুংইন্দুনা শিগ্রে। শিরবা মপুরোইবগী দেহবু থারিবা মৈমুঙদা সতী ওইবী মুপীনা চঙববু সতী প্রথা কৌই। থবকসিবু মুপী ওইবগীদি মপুঙ ফাবা থবকনি হায়রনৈ। কোয়ংনদি সতী প্রথাদি তুকচরবা লোয অমা ওইরকথি মরমদি মুপী মশানা য়ানিংত্রবদু নমদুনা মৈমুঙদা মাবু কাদুনা লংশন্নরকথি। লৈখা-তারবা মুখসিদদি মমাঙৈদা গান্ধারীখোয়না মপূক শেংনা সতী প্রথাসি ইন্নরস্তম কনামত্তনা ইনবদি ওইখোত্তরে। গান্ধারীগুম্বী সতীদি মপুরোইবা কায়রবগী মৈচাক্লা মৈদগীদু লেম্মা চাকই হায়না খল্লী। অসিগুম্বা মুপীজনা সতী প্রথা ঙাকপনি, মাবু কনামতনা আইনং কায়না নমজা-নমথেক্লবগী বা লৈত্তে। প্রথা অসিনা নিয়ম অমা ওইনা লৈরগা নমজা-নমথেক্লদুনা মুপী অমবু প্রথাসি ইন্দবা য়াদে হায়রবদা মদু আইন কায়বা থবক অমা ওইরকথি। মরমদুনা প্রথাসি রাষ্ট্রগী আইনা ভোকহনথি। খোক্লকদবা বা নারদ মুনিনা ভাকপর্নিনা মহারাজ যুধিষ্ঠিরনা মতম গান্ধারী শুশ্রাবীগী নাত্তা চংপদু কায়রোই হায়না থিংলম্মী।

শ্লোক ৫৯

বিদুরস্ত তদাশ্চর্য্যং নিশাম্য কুরুনন্দন।
হর্ষশোকযুতস্তস্মাদ্গন্তা তীর্থনিষেবকঃ ॥ ৫৯ ॥

### শব্দার্থ

বিদুরঃ—বিদুর; তু—সু; তৎ—মদু; আশ্চর্য্যম্—অঙকপা; নিশাম্য—উরদুনা; কুরুনন্দন—কুরুশাগৈদা পোকপা; হর্ষ—হরাওবা; শোক—অবাবা; যুতঃ—তিন্নবা; তস্মাৎ—মফমদুদগী; গন্তা—চৎকনি; তীর্থনিষেবকঃ—তীর্থসেবা ফংগে হায়দুনা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে কুরুনন্দন (যুধিষ্ঠির), বিদুরনা অঙকপা থোদোক্তু উরগা (ময়াদুংগী মুক্তিফংবজ্র) হরাওরদুনা অদুগা (শিখিবগী থবুবদা) থমাই মুংঙাইতনা তীর্থসেবাগীদমক মফমদু থাদোকখরে।

### নৈনবোল

ময়াদুং ধৃতরাষ্ট্রনা মুক্ত যোগী ওইনা শিখিবগী অঙকপা ফজরবা থোদোক্তু উবদা বিদুর ওকখিরম্মী। মরমদি তোউখিবা মতমদা মরুক সংসারদা হকা মায়ওনরম্বনি। অওইবমক্তি, বিদুরগী থবান্দগী পাম্নরবা পুন্সি পম্বুং অদু ময়াদুংনা ফংখিবনি। মরমদুনা বিদুরনা মদু উবদা হরাওরম্মী। অদুবু ময়াম্বু মহাক্কা শুদ্ধ ভক্ত অমা ওইহনবা তমহৌদবদা মথবাই মুংঙাইজখিদে। ময়াম্বু ভক্ত ওইহনখিদবদি ধৃতরাষ্ট্রনা ভগবদ্ভক্ত ওইরম্বা পাণ্ডবশিংগা য়েন্নরুবা মরম্মনি। বৈষ্ণব অমগী থুয়াথাদা লঙজরুবনা ভগবানগী থুয়াদা লঙজরুবদগী হেন্না শাথী। ঘোর সংসারি ওইরম্বা ময়াদুং ধৃতরাষ্ট্রদা কৃপা হৈথবগীদমক পূকচেল চাউবা মচাও অদু বিদুরগী নৈরমদবা নত্তে। অদুবু অদুগুম্বা কৃপাগী ফলদি পরমেশ্বর ভগবানগী ইচ্ছাদা লৈগদবনি। মরমদুনা ধৃতরাষ্ট্রদু মুক্তিদমক ফংখিবনি। প্রেম-ভক্তিগী মতাঙ য়োগে হায়রবদি মাগী মুক্ত অবস্থা কয়ারক্কী মতুঙদা ফংগদবনি। ময়াদুংগা মতৈমবেম্মগা অনীনা শিখিবদা বিদুর তশেংনা মুংঙাইরমদে। অবাবা অদুগুম্বদু কোক্নবা অমতা ঙায়বা উপায়দি তীর্থ চৎপদনা ওই। মরমসিনা যুধিষ্ঠির মহারাজদু হিংহৌরিবা মথুড়া বিদুরবু কৌশল্লুবগী তাঞ্জা ফংহৌদে।

### শ্লোক ৬০

**ইত্যুক্ত্বাথারুহৎ স্বর্গং নারদঃ সহতুম্বুরুঃ।**
**যুধিষ্ঠিরো বচস্তস্য হৃদি কৃত্বাজহাচ্ছুচঃ॥ ৬০॥**

### শব্দার্থ

ইতি—অসুম্না; উক্ত্বা—হায়রগা; অথ—অদুগী তুংদা; আরুহৎ—কাখি; স্বর্গম্—স্বর্গদা; নারদঃ—নারদ; সহ তুম্বুরুঃ—তুম্বুরুগা লোয়নননা; যুধিষ্ঠিরঃ—যুধিষ্ঠিরনা; বচঃ—বা; তস্য—মহাক্কী; হৃদি কৃত্বা—থম্মোইদা থমদুনা; অজহাৎ—থাদোকখি; শুচঃ—মুংঙাইতবা পুম্বা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতৌ অসুম্না ঙাঙলয়গা নারদ মুনিনা তুম্বুরুগা লোয়নননা স্বর্গদা কাখ্রে। যুধিষ্ঠিরনা নারদগী বা পুম্নমক থম্মোইদা চেংনা থম্মগা অবাবা পুম্নমক থাদোকখি।

নৈনরোল

শ্রীনারদজীদি মতম পুম্বদা নোংদোন কোয়বা দেবর্ষিনি, মরমদি ভগবানগী কৃপাদগী মহাক চিন্ময়-দেহ ফংখি। মহাক্না প্রাকৃত অমত্তুং বৈকুণ্ঠ জগৎকী আকাশ অনীমক্তা অপনবা লৈতনা কোয়না চৎপা ওম্মী অদুগা ওমখৈ লৈতনা পাল্লবা মফমগী লোক খুদিংদা থুনা থুনা থুংলবা ওম্মী। মহাকসে মমাওগী মপোক অমদা মীনাইমবী অমগী মচানি হায়বদু মথক্তা নৈনবদা য়াওগ্রে। শুদ্ধ ভক্তশিংগা সজ তৌরবদগী মহাক নিত্য আকাশ-চারী (নোংদোন কোয়বা) অমগী থাক্তা কাবা ফংজখি, অদুনা মহাক মনীংতম্না চৎনীংবা মফমদা চৎপা ওমখি। মরমসিনা ঐথোয়না নারদ মুনিগী খুত্থুং ইরবা হোৎনবা চুম্মী, লোক অতৈদা মেচিন-কোল শীজন্নদুনা য়ৌনবা হোৎনদুনা কাম্নদে। মহারাজ যুধিষ্ঠিরদি ধার্ম্মিক ওইবা নিংথৌনি, মরমদুনা মহাক্না নারদ মুনিগা মরক মরক্তা উনবা ফংলিবনি। কনাগুম্বনা নারদ মুনিবু উননীংলবদি অহানবদা ধর্ম্ম লৈবা মী ওইদবা য়াদে অদুগা নারদ মুনিগী খুত্থুং ইন্দবা য়াদে।

অদুম্না শ্রীমদ্ভাগবতমগী মমুত্তদা 'ধৃতরাষ্ট্রনা য়ুম থাদোকপা' কৌবা অহানবা স্কন্ধগী তরাহুমদোইশুবা অধ্যায়গী ভক্তিবেদান্তগী নৈনরোল লোইরে।

—(❖)—

# তরামরিশুবা অধ্যায়

## শ্রীকৃষ্ণনা থ়পথিবা

শ্লোক ১

সূত উবাচ
সম্প্রস্থিতে দ্বারকায়াং জিষ্ণৌ বন্ধুদিদৃক্ষয়া।
জ্ঞাতুং চ পুণ্যশ্লোকস্য কৃষ্ণস্য চ বিচেষ্টিতম্ ॥ ১ ॥

শব্দার্থ

সূতঃ উবাচ—শ্রীসূত গোস্বামীনা হায়রম্মী; সম্প্রস্থিতে—চৎপ্রবদা; দ্বারকায়াং—দ্বারকা নগরী; জিষ্ণৌ—অর্জুন; বন্ধু—মরূপমপাং অমসুং মরীমতাশিং; দিদৃক্ষয়া—উননবগীদমক; জ্ঞাতুম্—খঙননবা; চ—সু; পুণ্য শ্লোকস্য—মাগী মগুণবু বেদমন্ত্রনা শক্-শোল্লিবা অহুগুম্বা মহাক্নী; কৃষ্ণস্য—কৃষ্ণগী; চ—অমসুং; বিচেষ্টিতম্—অতৈ থবক থৌরম।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীসূত গোস্বামীনা হায়রম্মী—অর্জুনা ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণবু অহুগা অতৈ মরীমতাবু উনগে হায়বগীদমক অমসুং শ্রীকৃষ্ণনা থবক মথা করি তৌগদৌরিবা হায়বহু খঙননবা হায়হুনা দ্বারকাদা লেঙখি।

নৈনরোল

শ্রীমদ্ভগবদগীতাদা হায়বগুম্বা ভগবান্না সাধুশিংবু লান্‌বিগে অহুগা ধর্ম-লৈত্তবশিংবু মাঙহন্‌গে হায়বগীদমক মর্ত্যধামদা কূপ্পকপনিঃ মরমহুনা কুরুক্ষেত্রগী লান লোইরবা অমসুং যুধিষ্ঠির মহারাজবু নিংথৌ হাপ্লবা মতুংদগীদি ভগবান্‌গী তৌগদবা থবক লোইরবনি। পাণ্ডবশিং, খোইদোক হেন্দোক্না অর্জুন,—মখোয়সি ভগবান্‌গী নিত্য পার্ষদ ওাক্তনি। মরমহুনা অর্জুনা ভগবান্না মথং করি তৌগদবা লৈরিবগে হায়বহু ভগবান্‌মক্তদগী খঙগে হায়হুনা দ্বারকাদা লেঙখিরম্বনি।

শ্লোক ২

ব্যতীতাঃ কতিচিন্মাসাস্তদা নায়াত্ততোঽর্জুনঃ।
দদর্শ ঘোররূপাণি নিমিত্তানি কুরূদ্বহঃ ॥ ২ ॥

শব্দার্থ

ব্যতীতাঃ—চৎপ্রবা তুংদা; কতিচিন্—খরা; মাসাঃ—থাবুম্; তদা—মতমহুদা; ন আয়াৎ—হল্লকখিদে; ততঃ—মফমহুদগী; অর্জুনঃ—অর্জুন; দদর্শ—উরম্মী; ঘোর—অকিবগী মশক ওইবা; রূপাণি—শকফমশিং; নিমিত্তানি—খুদম মখল মথা; কুরু-উদ্বহঃ—মহারাজ যুধিষ্ঠির।

## মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

থা কয়ারোম হৌখ্রে, অদুগা অর্জুনদি হল্লক্রমদ্রি। অদুগী মহারাজ যুধিষ্ঠিরনা অকিবগী মশক ওইবা অমঙ্গল খুদম মথল মখা উখি।

## পৈনরোল

পরমেশ্বর ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণদি নিত্যনি, ঐখোয়না উরিবা খ্বাইদগী শক্তি-লৈবা নুমিৎ (সূর্যদেব) অসিদগী হেল্লা শক্তি লৈবনি। নুমিৎ কোটি কোটি মহাক্না মহাক্কী সোরহোন্ অমুক্কী মনুংদা শেন্সী অমসুং লোইশল্লী (সংহার তৌই)। প্রাকৃত জগৎসিদা নুমিৎপু পোৎ পুন্নমক্কী অমসুং শক্তি পুন্নমক্কী থোরকফম্নি হায়না লৌই অদুগা নুমিৎকী মতেঙনা ঐখোয়গী পুন্সিবগী পোৎচং পুম্বা ফংলিবনি। মরমদুনা, ভগবান্না মালেমথক্তা লৈরিঙৈ মনুংদা ঐখোয়গী শান্তিগী অমসুং চম্ন্থুম চাউথৎপগী পোৎলম পুন্নমক —থোইদোক হেন্দোক্লা ধর্ম অমসুং জ্ঞান—ভগবান্না লৈবা মরম্না মপুঙ ফানা উৎপা হায়বদু ওইখি, মদুদি লংনা ঙাল্লবা নুমিৎনা মঙাল মপুঙ ফানা উৎলকপা ঙান্নগুম্না। অদুবু মহারাজ যুধিষ্ঠিরনা মহাক্কী রাজ্যদা অমঙ্গলগী খুদম ময়াম উখি। মরমদুনা মতম কুইনা হল্লক্ত্রিবা অর্জুনগীদমক অমসুং দ্বারকাগী মঙ্গলগী ইপাও অমতা তাদবগীনে পুক্নীং য়াম্না লাংতক্লনা লৈরম্মী। ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণ থুপত্রবরা (তিরোভাব ওইখরবরা) হায়না চিংনখি, নৎত্রগদি অকিবগী মশক ওইবা অমঙ্গলগী খুদমশিংসি উরম্লোইদবনি।

## শ্লোক ৩

**কালস্য চ গতিং রৌদ্রাং বিপর্যস্তর্তুধর্মিণঃ।**
**পাপীয়সীং নৃণাং বার্তাং ক্রোধলোভানৃতাত্মনাম্ ॥ ৩ ॥**

## শব্দার্থ

কালস্য—নিত্য ওইবা মতমগী; চ—সু; গতিম্—চৎকদবা মায়কৈ; রৌদ্রাং—অকিবগী মশক ওইবা; বিপর্যস্তঃ—থক-থা ওল্লবা; ঋতু—ঋতুগী ওইবা; ধর্মিণঃ—থোংচৎ-নিয়মশিং; পাপীয়সীম্—পাপী; নৃণাম্—মীওইবশিংগী; বার্তাম্—চিংনবা পাম্বৈ; ক্রোধ—অশাউবা; লোভ—মিহৌচাউবা; অনৃত—ওইদবা মচৎ; আত্মনাম্—মীশিংগী।

## মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নিত্য ওইবা কালগী চৎকদবা মায়কৈ হোংলহদু মহাক্না উখি। মদু অকিবগী মশক অমনি। ঋতুগী থোঙচত্তসু অকারবা কয়া থোক্লম্রে। মীশিংসু অয়াম্বনা শাউগন্বা মিহৌ চাউগন্বা, মমথাক-হৈনবা য়াম্না ওইরম্রে মখোয়না হিংননবগীদমক নত্ত-নত্তবা পাম্বৈ য়াম্না লৌখৎলক্লম্মী।

## পৈনরোল

মীওইবগী সভ্যতানা পরমেশ্বর ভগবানগা প্রেম-সম্বন্ধ লৈবা থাদোক্লবা মতমদা ঋতুগী থোঙচৎ কায়বা, হিংনবগী নত্ত-নত্তবা পাম্বৈ লৌবা, মিহৌ চাউবা, শাউগৎনবা অমসুং নম্থাক্কী লীচৎনা মরাই কাঙথৎলী। ঋতুগী থোঙচৎ হোংবা হায়বদি ঋতু অমগী মতমদা ঋতু অতোপ্পা অমগী মওং ওইবা হায়বনি —খুদমগী মশক ওইনা হায়রগা—নোংজুথাগী মওংমতৌদু শরৎ ঋতুদা ওইবা অদুগা ঋতু অমগী হৈ-লৈ অদু অতোপ্পা ঋতুদা শাংপা-পান্বা। ভগবান্গী মী ওইদবা মহাক্তুদি শোয়দনমক মিহৌ চাউগল্লী, শাউগল্লী অমসুং লোনমগল্লী। অসি ওম্বা মীদুদি অমম-অঙালগী থোদৌ মাইদবমখৈ অক্ৎ-অক্ৎবা উপায়না

মখিবোং তান্নী। মহারাজ যুধিষ্ঠিরনা পান্‌বা মতমদদি মথক্তা পল্লিবা খুদমশিংসে লৈরমদে। অদুবু মহারাজ যুধিষ্ঠির মহাক্কী লৈবাক্তা অহোংবগী খুদম খজিক্তং উবদা ওক্রম্মী, অদুনা মহাক্না খুদক্তা চিং-নরম্বদি শ্রীকৃষ্ণ থ়ুপখিরম্বা তাই হায়বসিনি। হিংনবগীদমক নত্তবা উপায় লৌবা হায়বদি মী অমগী বর্ণাশ্রমগী মথৌ তৌদবা হায়বনি। ব্রাহ্মণ, ক্ষত্রিয়, বৈশ্য অমদি শূদ্র হায়না লৈরিবা মী খুদিংগী মথৌ শাস্ত্রগা তাক্লনা লৈ। অদুবু কনাগুম্বা শাস্ত্রনা তাকপা মথৌ থাদোক্লনা অতোপ্পা বর্ণগী মথৌবু মাগী মথৌনি হায়রবদি মহাক নত্তবা চুমদবা মথৌ পায়রে হায়বা তাই। মী অমনা সংসারদা মতম খরা লেল্লগা লোইগদবা পুন্সিসিনা মরোইরে মাগী হায়ববু হায়রবা অদুগা মসিদগী হেন্না বাংবা পুন্সি-ফিদম অমা লৈত্রবা, অদু ওইরবদি মহাক লল অমসুং শক্তি ফংবগী মিহৌচাউবা হায়বদু ওইরকই। মীওইবগী সমাজদা অসুম্বা মথক মথা ওল্লকৃপগী মরুদি খওদবা (অবিদ্যা) হায়বসিনি। অবিদ্যাসি কোক্লবা-থোইদোক হেন্দোক্লা লৈখা তারবা যুগ অসিদা মঙাল য়েন্নবা লৈরিবা শাক্তচেনবা সুমিৎতি শ্রীমদ্ভাগবতম্ অসিনি।

## শ্লোক ৪

**জিহ্মপ্রায়ং ব্যবহৃতং শাঠ্যমিশ্রং চ সৌহৃদম্।**
**পিতৃমাতৃসুহৃদ্ভ্রাতৃদম্পতীনাং চ কল্পনম্ ॥ ৪ ॥**

### শব্দার্থ

জিহ্ম প্রায়ম্—লৌনম্বা; ব্যবহৃতম্—নিতিগী শাজত্তা; শাঠ্য—চীন্‌গা খুৎকা মান্নদবা; মিশ্রম্—য়াসনবা; চ—অমসুং; সৌহৃদম্—ফনবা-নীংবা মীবু লুনা তৌবা; পিতৃ—অপোকপা; মাতৃ—অপোকপী; সুহৃৎ—ফনবা নীংবা মী; ভ্রাতৃ—কনাগুম্বা মন্নাম্বা নত্রগা মনাও; দম্পতীনাম্—মতৈমনাওগী মরমদা; চ—সু; কল্পনম্—অমগা অমগা থৎনবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মী মশেল অমগা অমগা চৎনবা ব্যবহারদা, করি হায়নি মরূপ মশেলসু, লৌনম্মা অশেঙবা অমতা লৈনত্রে। ইমুং-মনুংগী থবক্তসু মতম পুম্নমক্তা মপা, মমা অদুগা মচাশিংগী মরক্তসু পুকচেল-থোইজেন তিন্নদরে। য়াইফনবা-নীংনরিবা মরক্তসু অদুগা মচীম্নাও মশেল্, মপুক্ক শেংনদ্রে। করি হায়নি যুম্নাম্নরিবা মতৈ মনাওসু মতম পুম্বদা থৎন-চৈনবনা মশিন্ ওইখরে।

### নৈনরোল

মায়ানা নমহৎলবা পুন্সিদি নত্তবা শাজৎ মরিনা শাবনি। শাজৎ মরিদুদি—লান্‌বা (চুমদবা), বুদ্ধি চোইবা, থবক ওমদবা অদুগা লৌনম্বা অসিনি। মথোয়সি মপুঙ-ফাদবা পুন্সিগী খুদম্নি অদুগা মরিসিগী মনুঙদা লৌনম্বগী পুকচেন্না খ্বাইদগী হেন্না চেন্নে। লৌনমগী শাজৎসি মায়া বদ্ধ জীবদা লৈবগী মরমদি মায়াবদ্ধ জীবশিংনা প্রাকৃত জগৎসিদা লৈবা মতমদা প্রাকৃত জগৎসিগী মপু ওইবগী হৌনদবা অপাম্বা অমনা জীবশিংবু মরু ওইনা নমহৎলী। জীবনা মাগী অশেঙবা ফীভমদা (শুদ্ধসত্ত্বদা) লৈবা মতমদা মাবু মায়ানা নমহৎপা ঙমদে, মরমদি শুদ্ধসত্ত্বদা লৈবা মতমদা মহাক পরমেশ্বর ভগবান্‌গী নিত্যদাস (মতম চুপ্পগী ওইবা মনাই) অমনি অদুনা শেরান্ননা ভগবান্‌গী মপোৎ-মরলবু মাগী ওইনবা হোৎনবগী মহুত্তা মতম পুম্না ভগবান্‌গী মখাপোন্দুনা লৈবনা কৈ হায়বসি মহাক যুম্না খঙজী। মায়াগী মখা পোল্লিঙৈদা জীবনা মহাক্না উরু-উরুবা পোৎ খুদিংগী মপু চামনা ওইরবা ফাওবদা পেন্‌বা লৈতে; অদুগা অদুগুম্বা মপু মওইনু কদৌঙৈদসু ওইবা ফংদে। পেন্দলাইচুবা মরম্মা লৌনম্বা মখল খুদিংগী

তাইনকম হং ওইহনা, করি হায়নি মাগী নক্সবা মরিমতাগা লোয়নবা মতমদগী লৌনম-শোন্নিবনা মাবু লমজিংহনা পুই। পেন্দবনা য়ুমকম ওইরবা কীভমসিদা মপাগা মচাগগী অহুগা মতৌ মবাওগী ময়ক্তা পূকচেল-খোইজেল তিন্নবা হায়বদু লৈত্রে। মসি পুন্নমকসি পাম্বৈ অমথক্তনা কোকহনবা গুমী, মহুদি ভগবান্দা ভক্তিসেবা তৌবা হায়বসিনি। জগৎসি তৌনরিবা তৌশন্নবা (ভগুতা) অসি ভগবান্দা ভক্তি-সেবা তৌবতনা থিংবা গুমগনি; অসি নত্তবা উপায় অমা লৈতে। কীভম মাল্লদবশিংসি উক্লদা মহারাজ যুধিষ্ঠিরনা শ্রীকৃষ্ণ খ্ংয়মগনি হায়না খল্লমী।

শ্লোক ৫

**নিমিত্তান্যত্যরিষ্টানি কালে ত্বনুগতে নৃণাম্।**
**লোভাদ্যধর্মপ্রকৃতিং দৃষ্ট্বোবাচানুজং নৃপঃ॥ ৫॥**

শব্দার্থ

নিমিত্তানি—মরম ময়াম; অতি—য়াম্না শাথিবা; অরিষ্টানি—ফত্তবা খুদমশিং; কালে—মতমগী মতুং ইন্না; তু—অদুবু; অনুগতে—চৎপ্রবদা; নৃণাম্—মীয়ামগী; লোভ আদি—মিহৌচাউবনচিংবা; অধর্ম—ধর্ম-নত্তবা, তৌহৈদবা; প্রকৃতিম্—শাজৎ; দৃষ্ট্বা—উহনা; উবাচ—হায়রম্মী; অনুজম্—মনাওমুপাদা; নৃপঃ—নিংথৌনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতমগী খোঙলৈ মতুং ইন্না মী ময়াম পুন্নমক মিহৌচাউবা, শাউবা, নাপন্নচিংবা হৈনখৎলক্লে। মহারাজ যুধিষ্ঠিরনা খুদম ফত্তবশিংসি উবদা মনাওবুংঙোদা হায়রম্মী।

নৈনরোল

মীওইবগী সমাজদা মিহৌচাওবা, শাউবা, অধর্ম অমসুং ভগুতা (তৌশন্নবা, মান্শন্নবা) হায়বা মীওইবগী নত্তবা খুদমশিংনা তোয়না থোকচল্লবসিদা মহারাজ যুধিষ্ঠিরগুম্বা ধর্ম-লৈবা নিংথৌগী পুক্নীং খুদক্তা লাংতক্খি। লৈখা-থাথরবা সমাজগী খুদমশিংসে মতমতুগী মীশিংনা খঙলম্বা পোৎ নত্তে হায়বসে নৈনরিবা য়াফমসিনা তাকয়ি। কলি য়ুগ হায়বদি খৎনবগী (কলহগী) মতম চংলকপদা ফত্তবা খুদমশিং থেংনরকপদা মথোয়দা অঙকপা অমা ওইখি।

শ্লোক ৬

**যুধিষ্ঠির উবাচ**

**সম্প্রেষিতো দ্বারকায়াং জিষ্ণুর্বন্ধুদিদৃক্ষয়া।**
**জ্ঞাতুং চ পুণ্যশ্লোকস্য কৃষ্ণস্য চ বিচেষ্টিতম্॥ ৬॥**

শব্দার্থ

যুধিষ্ঠিরঃ উবাচ—মহারাজ যুধিষ্ঠিরনা হায়রকয়ি; সম্প্রেষিতঃ—চৎখিবনি; দ্বারকায়াম্—দ্বারকাদা; জিষ্ণুঃ—অর্জুন; বন্ধু—মরূপ ময়াম; দিদৃক্ষয়া—উনরুনবগীদমক; জ্ঞাতুম্—খঙনবা; চ—সু; পুণ্যশ্লোকস্য—পরমেশ্বর ভগবান্গী; কৃষ্ণস্য—ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী; চ—অমসুং; বিচেষ্টিতম্—তৌগদবা থবক্কী থৌরম।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহারাজ যুধিষ্ঠিরনা মনাও ভীমসেন-দা হায়রম্মী—ঐনা অর্জুনবু মাগী মরুপশিং উনরুনবা অমসুং ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণদগী মানা পায়খগদবা থবক-থৌরম থওলরুবা হায়দুনা দ্বারকাদা থাখিবনি ।

শ্লোক ৭

গতাঃ সপ্তাধুনা মাসা ভীমসেন তবানুজঃ ।
নায়াতি কস্য বা হেতোর্নাহং বেদেদমঞ্জসা ॥ ৭ ॥

শব্দার্থ

গতাঃ—চংখ্রে, হৌখ্রে; সপ্ত—তরেৎ; অধুনা—হৌজিককাওবদা; মাসাঃ—থাবুম; ভীমসেন—হে ভীমসেন; তব—নহাক্কী; অনুজঃ—ননাও; ন আয়াতি—লাক্তে; কস্য—করিগী; বা—নত্রগা; হেতোঃ—মরমগী; ন—নত্তে; অহং—ঐ; বেদ—খঙই; ইদম্—মসি; অঞ্জসা—তশেংনমক ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে ভীমসেন, ননাওনা চংখিবদগী থা তরেৎ শুরে হৌজিক; অদুবু মহাক হৌজিক ফাওবা হল্লকুবসি করি মরমনো ঐ হায়বম খঙদরে ।

শ্লোক ৮

অপি দেবর্ষিণাদিষ্টঃ স কালোঽয়মুপস্থিতঃ ।
যদাত্মনোঽঙ্গমাক্রীড়ং ভগবানুৎসিসৃক্ষতি ॥ ৮ ॥

শব্দার্থ

অপি—গত্রা; দেবর্ষিণা—দেবলক্কী ঋষিনা (নারদনা); আদিষ্টঃ—তাকপিরম্বা; সঃ—মদু; কালঃ—মতম; অয়ম্—মাসি; উপস্থিতঃ—য়ৌরক্লে; যদা—মতমদুদা; আত্মনঃ—ভগবান্ মশামক্কী; অঙ্গম্—অংশ; আক্রীড়ম্—কোওবা; ভগবান্—পরমেশ্বর ভগবান্; উৎসিসৃক্ষতি—থাদোকদৌরকপা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

দেবর্ষি-নারদনা উৎলম্বগুম্না, ভগবান্না মাগী মর্ত্যলীলা থদোক্লগত্রা? মতম অদুবু য়ৌরক্লবরা?

নৈনরোল

ঐখোয়না য়াম্না তোয়না নৈনখ্রে মদুদি—পরমেশ্বর ভগবান্গী স্বরূপ য়াম্না লৈ অমসুং স্বরূপ-শিংদুগী শক্তি চপ মান্নরবসু মখোয় খুদিংগী থবক্তি অমগা অমগা মান্নদে । ভগবদ্গীতাদা ভগবান্না হায়রম্বা তোঙান-তোঙান্বা বচন য়াম্না লৈ, অদুগা বচন খুদিংমক মাগী তোঙান তোঙানবা অংশ অমদি কলাশিংনীনি । খুদমগী মশক ওইনা, ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনা ভগবদ্গীতাদা হায়খি:

"ধর্মনা মরার চারথরক্লবা অদুগা অধর্মনা মরায় হাইগৎলক্লবা মকমদুদা অমসুং মতম মতমদুদা ঐহাক অবতার তৌই ।" (ভগবদ্গীতা ৪।৭)

"সাধুশিংবু কয়নবা, মীফত্তবা অসাধুশিংবু লোইশন্নবা অদুগা ধর্মগী মউ লিংননবা (বর্ণাশ্রম-ধর্ম) ঐনা যুগ যুগ খুদিংদা নোংশুম্মী ।" (ভগবদ্গীতা ৪।৮)

"ঐনা থবক তৌত্রগদি মীওইবা জাতি লম্বী লান্না চংলগনি । মদুম তৌরবদি থরাই-পান্‌বা পোৎ লৈরিবশিংগী শান্তি ঐনা মাঙহন্‌বা হায়বদু ওইরগনি ।" (ভগবদ্গীতা ৩।২৪)

"অচৌবা মীশিংনা তৌবদো মীচনশিংনা তম্মী। মহাক্না ফিদমঙাই থবক তৌদুনা হৌনবী মচাও অমা ঊংপত্ত অসংপুস্বনা মতৌ তমগনি।" (ভগবদগীতা ৩। ২১)

মথক্তা হায়রিবা ভগবান্গী বচনশিংসি মাগী স্বরূপ তোঙান-তোঙানবা লৈরিবশিংদা হায়বদি সংকর্ষণ, বাসুদেব, প্রদ্যুম্ন, অনিরুদ্ধ অমদি নারায়ণনচিংবা মাগী স্বরূপ খুদিংমক্কী ওইবা হাফম্নি। স্বরূপশিংসে তোঙান-তোঙানবা চিন্ময় মূর্ত্তিদা ভগবান্ মশামক ঙাক্লি, অদুম ওইনমক ভগবান্না শ্রীকৃষ্ণ ওইনা তোঙান্বা ধাম অমদা মাগী মথং মথাগী ভক্ত ময়ামগা ধাম অমদা বিলাস তৌই। অদুম ওইনমক স্বয়ং ভগবান্ কৃষ্ণদি ব্রহ্মাগী মতমগী পুঙ ২৪/২৪ দা বিশ্ব ব্রহ্মাণ্ড খুদিংদা অমূক অমূক অবতার তৌই। ( ব্রহ্মাগী পুঙ ২৪ অসি মীরয়েমশী সৌরবর্ষদা হায়রগদি চহী ৮,৬৪০,০০০,০০০নি )। অদুগা মাগী দিব্যলীলাশিংসি বিশ্বব্রহ্মাণ্ড খুদিংদা নিয়ম কায়দনা শায়রিবনি। মাগী নিয়ম-নাইবা মওংসিদা ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী, ভগবান্ বাসুদেবনচিংবা স্বরূপশিংনা তৌবা থবক্শিংদি মীচমগী বুদ্ধিনা লাম্বা ফংদবমথৈ জাটিল ওইরে। ভগবান্গা মাগী চিন্ময় ওইবা হকচাঙগা খরিমত্তা থেয়দে। মাগী স্বরূপ প্রকাশশিংনা লম্নাইগী ওইবা তোঙান-তোঙানবা থবক তৌই। অদুগা ভগবান্ মশামক ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণ ওইনা অবতার তৌবা মতমদদি মাগী অংশ-কলা ওইবা অতৈ স্বরূপশিংস্থু মওোন্দা লাকুনা তিনৈ। মসি পাঙথোকপদি মাগী যোগমায়াগী অচিন্ত্য শক্তিমনি। মতৌ অসুম্না বৃন্দাবনচন্দ্র শ্রীকৃষ্ণগা মথুরাগী শ্রীকৃষ্ণ অদুগা দ্বারকাগী শ্রীকৃষ্ণ অনীসিগা মান্নদে। ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী বিরাট-রূপ অদুসু মাগী অচিন্ত্য শক্তিনা মাগা মান্নহন্দে। কুরুক্ষেত্র লানফমদা পুথোকখিবা বিরাট রূপ অদু ভগবানগী প্রাকৃত রূপ-নি। মরমদুনা ভগবান শ্রীকৃষ্ণবু শাস্তানবগী তেম্না পান্দুনা হাংখিবা মতমদা মাগী প্রাকৃত দেহস্থু প্রাকৃত জগত্তা হন্দোক্লুনা শ্রীকৃষ্ণ খুপখিবনি হায়বসি খঙবা ওম্মী। ভগবানদি কৈবল্যনি, মাগীদমক্তি জড় পদার্থগা আত্মাগা করিমত্তা খেন্নবা লৈতে, মরমদি পোৎ খুদিংমক মওোন্দগী থোকখিবা ঙাক্তনি। মরমসিনা মহাক্না দেহে জাত্তা অমা থাদোকপা নত্রগা অতোপ্পা দেহে অমা লৌখা অসিনা মহাক অচম্বা জীবশিংগুম্বনি হায়না লৌবা য়াদে। মাগী চরিত্রশিংসি মাগী অচিন্ত্য শক্তিগী মপান্না মতম অমতদা মানস্থু মায়ে অদুগা থেনস্থু থেম্মে। মহারাজ যুধিষ্ঠিরনা কৃষ্ণ খুপলমগদ্রা হায়না তেংথাকদুদি মরূপ অচৌবা অমা লৈত্রবা মতমদা মী খুদিংমক্কী হৌনবী অদুক তৌবত্তনি, তশেংবা হায়রগদি ভগবানদি মাগী দিব্য দেহস্থু থক থাদোক্তে, খঙদবা মীশিংনদি থাদোকই হায়রবস্থু। অসিগুম্বা খঙদবা মীশিংবু ভগবান মশামক্না মরা অস্থু য়াবিরমদে। মথোয়সিগুম্ববু 'মূঢ়' (খঙদবা) হায়না খঙনৈ। ভগবাননা মাগী দেহ থাদোক্লমে হায়বদি মাগী অংশ-কলাশিংস্থুবু মাগী মাগী ধামদা (দিব্য নত্রগা চিন্ময় ধামদা) লংথোক্লমে হায়বনি—মহাক্না মাগী বিরাট রূপ অদু প্রাকৃত জগত্তা থনখ্রগুম।

শ্লোক

যস্মান্নঃ সম্পদো রাজ্যং দারাঃ প্রাণাঃ কুলং প্রজাঃ।
আসন্ সপত্নবিজয়ো লোকাশ্চ যদনুগ্রহাৎ ॥ ৯॥

শব্দার্থ

যস্মাৎ—মওোন্দগী; নঃ—ঐখোয়গী; সম্পদঃ—সম্পৎ (লন্থুম); রাজ্যম্—লৈবাক; দারাঃ—অফবা মুপীশিং (ইতুশিং); প্রাণাঃ—থবাই; কুলম্—শাগে; প্রজাঃ—প্রজাশিং; আসন্—লৈরম্লিবনি; সপত্ন—ঐখোয়বু মেংশনমদুনা অমারমশিং; বিজয়ঃ—জয় তৌবা; লোকাঃ—ভুংদা ঐখোয়বু থমগদৌরিবা লোক (মক্কম) ময়াম; চ—অমসুং; যৎ—মহাকী; অনুগ্রহাৎ—কৃপাগ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ঐখোয়গী লম্ম্, রাজ্য, তালোইশিং, থবাই, শাগৈ, প্রজাবু ঙাকশেনবা, অদুগা য়েক্লববু লান্দা ঙম্বা—পুম্নমক অসি (কৃষ্ণ) মাগী মপান্না ওইখোক্লিবনি; মাগী কৃপানা অবাংবা লোকশিংদা ঐখোয়গী তুংগী লৈফম ফংগদৌরিবনি।

নৈনরোল

ইহলোক অসিদা লৈবগী য়াইফবা হায়বদুদি তালোই অফবী ফংবা, য়ুম অফবা, লৌ-হিজোল ওক্লবা লৈবা, অফবা মচামশু পোকপা, অচৌ-অশাংশিংগা সম্বন্ধ লৈবা, য়েক্লবা থোরক্লগা মখোয়বু খুদুম চন্বা, অদুগা পুণ্য কর্ম্ম তৌদুনা হয়েং শিরগা অবাংবা লোকশিংদা শেংপা-চাবগী অরাংপা লৈতবমখৈ মুংঙাইনা লৈবা ফংবা—ময়ামসিনি। খুদোংচাবগী মুংঙাইবশিংসে খুৎনা নোমদুনা ত্যাল্লুগদবা নত্তে, অদু নল্লগা নত্তবা পাম্বৈনসু তানগদবা নত্তে, কেবল ভগবানগী কৃপাতনা অদুম ফংবনি। কনাগুম্বনা মশানা হোৎনরগা ফংবনি হায়রিবা চাওখৎপদুসু ভগবানগী কৃপাদগী ফংবনি। ভগবাম্না তৌবিবা কৃপাগা লোয়ননা মী মশা মশাগী অনোম্বা যাওদবা য়াদে, অদুম্নদি ওইরগা ভগবানগী কৃপা লৈত্রবদি মী অমনা নোম্জবা পুম্বনী মহৈ য়ান্দে। কলি যুগ অসিগী আধুনিক ওইবা মীতাশিংনা মশা মশানা নোম্নগা মহৈ চাগনি হায়না থাজৈ অদুগা ঈশ্বরগী খুৎ চঙদে হায়না থল্লী। করি হায়গনি, ভারতকী চাউরবা সন্ন্যাসী অমথক্লা শিকাগোদা বক্তৃতা পীবা মতমদা হায়খি—মীওইবনা মঙল্লাই থবক পাঙথোক্লবা তৌবদা ঈশ্বরনা নোংদম্মী হায়বদু ওইদবনি। অদুবু হিন্দুশাস্ত্রগী মতুং ইন্নদি ঐখোয়না শ্রীমদ্ভাগবতমদা ফংবসি অসুম্না ফংঙী মদুদি—মীওইবগী থবকী পোলোইদি ভগবাম্না নোংদম্মী। বাসি মহারাজ যুধিষ্ঠিরনা মাগী তৌক্লবা থবক্কীদমক্তি চুম্মি হায়না য়াই। অদুনা ঐখোয়না অচৌবা নিথো ভক্তসিনা চৎলম্বদুগী খুদুং ইন্বা চুম্মী। ভগবানগী নোংদম য়াওত্রবসু থবক মঙ্গল ওইবা তাববোইদি লাইথেংবা মাইবা খুদংমক্লা মাগী অনাবা খুদিংমকপু ফহন্বা ঙম্বা হায়বদুদি শোয়ত্রবনি। হেজিক্কালগী চাওখৎলে হায়রিবা ডাক্তর-মাইবশিংনা চাওখৎলবা মঙংদা লাঙ্গৈয়েংলবসু মী শিবদি তোক্তে। অদুগ। অঙকপা অমনা—আত্মা পুম্থ-থাম্ববা অনারা মী অমনা ডাক্তরগী লাঙ্গৈয়েং-ঈদাক লৌত্রবসু, নাবা ফরকপা য়াওরি। মরমসিনা অরোয়বা হায়গদবা বাদি অসিনি—অফবসু ফত্তবসু থবক খুদিংমক ভগবাম্না নোংদম্বনি। অদুনা মী খুদিংনা মহাক্না থবক অমা পাঙথোক-ঙম্বগীদমক ভগবানগী মফমদা লমন তোল্লবনি হায়বসি কাউফদে।

শ্লোক ১০

পশ্যোৎপাতান্নরব্যাঘ্র দিব্যান্ ভৌমান্ সদৈহিকান্।
দারুণান্ শংসতোঽদূরাদ্ভয়ং নো বুদ্ধিমোহনম্॥ ১০॥

শব্দার্থ

পশ্য—য়েংঙু; উৎপাতান্ মথক মথা ওন্বা নয়াম; নরব্যাঘ্র—হে কৈগুম পাঙ্গন্বা; দিব্যান্—নোংদোন্থক্লা থাক্লিবা থোদোকশিং নল্লগা গ্রহশিংগী প্রভাবনা; ভৌমান্—মালেমদা থোক্লিবা থোদোকশিং সদৈহিকান্—হকচাঙগী অমসুং পুক্নীংগী থোক্লিবশিং; দারুণান্—শাথিবা, খুদোংথীনঙাই ওইবা; শংসতঃ—উৎলিবা; অদূরাৎ—খুননক; ভয়ম্—খুদোংথীরা; নঃ—ঐখোয়গী; বুদ্ধি—লৌশিং; মোহনম্—শমহৎপা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

য়েংঙু, হে কৈশুয়া পাঙ্গল্লিবা নহাকপু, নোংদোহক্কী থৌদোকশিং, মালেমসিদা থোক্লিবা থৌদোকশিং অমুগা হকচাঙগী অনায়েক—শাথি-শাথিরবা থৌদোকশিংনা ভাক্লিবদি ইকুই-কুইদবমখৈ ঐখোয়গী বুদ্ধিবু শুমহৎতুনা থুদোংথীবা অমা থোক্লরনি হায়বসিনি।

নৈনরোল

সংসারগী ওইবা সভ্যতাগী চাউথৎপা হায়রবদুদি আধিদৈবিক (গ্রহশিংগী মিৎয়েংনা থোকহনবা), আধিভৌতিক (মালেম লৈমগী শাফুনা থোকহন্‌বা) অমুগা আধ্যাত্মিক (দেহ অমদি মনগী থুদোংথীবা থোকহন্‌বা) সংসার-মৈচাক অহুমসিনা পুথোরকপা মচাউথৎ অমুনি। গ্রহ-নক্ষত্রশিংগী আধিদৈবিক প্রভাবনা কাহেন্না শাবা, কাহেন্না ঈশবা, নোংচুবা অমুগা নোং চুদবদগী কুম-বাংবা, অমুগী ফল ওইনা চাকতাঙবা, অনায়েক অচৌবা থোক্লিবনি। ময়ামসিগী অপুন্‌বা ফলদি হকচাঙ অমসুং পুক্নীংগী অবাবা ময়ামসিনি (আধ্যাত্মিক তাপ হায়বসিনি)। ত্রিতাপসি (মৈচাক অহুমসি) কোক্লবা মীওইবগী প্রাকৃত বিস্কান্না করিমতা তৌবা ঙমদে। মৈচাক অহুমসিদি পরমেশ্বর ভগবান্‌গী ময়াথং মতুং ইন্না পরা প্রকৃতি কৌবী মাগী মায়ানা জীবশিংদা পীবা শাস্তিনি। মরমদুনা প্রেমভক্তিনা পান্থৈ ওইদুনা পরমেশ্বর ভগবান্‌গা সম্পর্ক তৎতনা থম্নগদবা মীওইবগী মথৌ পাঙথোকপদা অপন্‌-অরাক য়াওদবমখৈ মৈচাম অহুমসি কোকপা ঙমগনি। ঈশ্বর লৈ হায়বা থাজদবা অসুরশিংনা মৈচাক অহুমসিগা থেন্নায়নবা হায়দুনা মখোয়গী লন্নাই-ওইনা থৌরাং য়াম্না তৌরি, মরমদুনা মখোয়না তৌরুবা থুদিংদা মায়পাকপা ঙমদে। ভগবদগীতানা (৭/১৪) তশেংনা হায়রি—প্রাকৃত গুণ অহুম্না তিন্নগা থোকহন্‌বনিনা মায়াগী শক্তিবু জয় তৌবদি কদৌঙৈদসু ঙম্মোই। মসিবু জয় তৌবা ঙমগদবদি ভগবান্‌গী চরণ-খাদা ভক্তিনা মশাবু পুঙকৎ-কৎপা মীতুদনা ঙমগনি।

শ্লোক ১১

ঊর্বক্ষিবাহবো মহ্যং স্ফুরন্ত্যঙ্গ পুনঃ পুনঃ।
বেপথুশ্চাপি হৃদয়ে আরাদ্দাস্যন্তি বিপ্রিয়ম্॥ ১১॥

শব্দার্থ

ঊরু—কৈগল; অক্ষি—মীৎ; বাহবঃ—পাম্বোমশিং; মহ্যম্—ঐগীদা; স্ফুরন্তি—চোংঙী; অঙ্গ—হকচাঙগী ওইথংবা নাকল; পুনঃ পুনঃ—হন্না হন্না; বেপথুঃ—চোংবা; চ সু; অপি—লেপ্পমক; হৃদয়ে—থম্মোইদা; আরাৎ—কিবনা; দাস্যন্তি—উৎলি; বিপ্রিয়ম্—পামদবা ওাক্তা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হকচাঙগী ওইথংবা নাকল, কৈগল, মীৎ অমসুং পাম্বোম লোইনমক হন্না হন্না চোংলে। কিবদগী ঐগী মিহুন পীঙ-পীঃ চোংলে। পুম্বসিনা পামদবা থৌদোক কয়া থোক্লে হায়না উৎলী।

নৈনরোল

সংসারদা হিংবদি থোকহন্নিংদবা থৌদোক য়াম্না থেংনৈ। ঐখোয়দগী হেন্‌বা শক্তি অমনা ঐখোয়না পামদবা থৌদোক কয়া নমদুনা ঐখোয়দা থোকহন্নী। পামদবা থৌদোকশিংসে প্রাকৃত গুণ অহুমগী থুত্তা লৈবনি হায়বদু ঐখোয়না উবা ঙমদে। কনাগুম্বগী মীৎ, পাম্বোম অমদি কৈশিংসি তত্তনা চোংলবদি

ফত্তবা করিনো অমা থোক্লগনি হায়বসে ঐখোয় খুদিংনা খঙজনগদবনি। পামদবা থৌদোকশিংসে লম্মৈগা চাংদনৈ। লম্মৈ চুথৎনবা কনামত্তনা উমংদা চত্তে, উমং মশাদগী মথন্তা মৈ হৌজরকয়ি অদুগা উমংদা লৈবা জীবশিংগী খনবদা থোক্কবা অরাবা কয়া থোকহল্লী। অসিগুম্বা মৈতাদি মীওইবনা লঙ্কা হোৎনদুনসু মুৎথৎপা ঙমদে। লম্মৈ মুৎথৎপদি ভগবান্তনা ঙম্মী, মরমদি উমংগী মথক্তা মহাক্লা নোং চুহল্লগদা ওইগদবা রানি। মতৌ অসিগুম্না ঐখোয়না রাথল-থৌরাং কয়া তৌদুনসু পুন্সিগী পামদবা থৌদোকশিংসে থিংবা ঙমদে। অরাবশিংসে ভগবান্তনা কোকহন্বিগদবনি; মহাক্লা মীওইবশিংদা জ্ঞান তাকপিদুনা অরাবশিংদগী কন্বিনবা হায়রদুনা মহাক্কী অশেঙবা প্রতিনিধি থারকয়ি।

শ্লোক ১২

**শিবৈষোত্তমাদিত্যমভিরৌত্যনলাননা।**
**মামঙ্গ সারমেয়োঽয়মভিরেভত্যভীরুবৎ॥ ১২॥**

শব্দার্থ

শিবা—লমহুই; এষা—অসি; উদ্যন্তম্—থোরক্লিবা; আদিত্যম্—নুমীৎলোমদা; অভি—মায়কৈ তম্না; রৌতি—কপ্লি; অনল—মৈ; আননা—মায়থোং; মাম্—ঐঙোল্লোমদা; অঙ্গ—হে ভীম; সারমেয়ঃ—হুই; অয়ম্—অসি; অভিরেভতি—লাক্ল-লাক্লা খোংজল্লক্লি; অভীরুবৎ—কিগন্দবগুম্না।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে ভীম, মোংবু, লমহুই অমোম্না থোরক্লিবা নুমীৎলোম ওন্সদুনা কপ্লি অদুগা ময়াদগী মৈ কামথোরক্লি অদুগা হুইনা অকিবা লৈতনা ঐঙোল্লোমদা খোংজল্লক্লি।

নৈনরোল

তৌরিবা থৌদৌ ময়ামসি তুংদা ইকুই কুইদনা পামদবা থৌদোক থোক্কদবগী খুদম ওারক্লি।

শ্লোক ১৩

**শস্তাঃ কুর্বন্তি মাং সব্যং দক্ষিণং পশবোঽপরে।**
**বাহাংশ্চ পুরুষব্যাঘ্র লক্ষয়ে রুদতো মম॥ ১৩॥**

শব্দার্থ

শস্তাঃ—শল অমোমগুম্বা কান্নবা জীবশিং; কুর্বন্তি—থম্মরি; মাম্—ঐবু; সব্যম্—ওইরোমদা; দক্ষিণম্—য়েৎলোমদা কোয়রি; পশবঃ অপরে—লোলগুম্বা শা অতৈনা; বাহান্—শগোলশিং; চ—সু; পুরুষব্যাঘ্র—হে কৈমুক-থৌবা; লক্ষয়ে—ঐনা উরি; রুদতঃ— কপ্লি; মম—ঐগী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে ভীমসেন, কৈমুক থৌবা, শল্-অমোমগুম্বা কান্নবা শাশিংনা ঐগী ওইথংবা মায়কৈদা চৎলি অদুগা লোলাগুম্বা হন্নবা শাশিংনা য়েৎলোমদা কোয়রি। ঐগী শগোনশিংনা (খোঙনেৎশিংনা) ঐবু উবদা পিরাং শিন্নরি।

### শ্লোক ১৪

**মৃত্যুদূতঃ কপোতোঽয়মুলূকঃ কম্পয়ন্ মনঃ।**
**প্রত্যুলূকশ্চ কুহ্বানৈর্বিশ্বং বৈ শূন্যমিচ্ছতঃ॥ ১৪॥**

### শব্দার্থ

মৃত্যু—শিবা; দূতঃ—পাউপুবা; কপোতঃ—খুনু; অয়ম্—মসি; উলূকঃ—মকু; কম্পয়ন্—নীকহন্নী; মনঃ—পুক্নীং; প্রত্যুলূকঃ—মকুগী য়েক্কবশিং (কাকশিং); চ—অমসুং; কুহ্বানৈঃ—খোংকপী মখোন্না; বিশ্বম্—বিশ্বতাইবংবু; বৈ—সু; শূন্যম্—শূন্য (অহাঙবা); ইচ্ছতঃ—ওইহন্নীংবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

য়েংঙ্ নেসে! খুনু অসি শিবগী পাউজেনবগুম্বনিদো। মকুশিংসে অমুগা খোলয়াকপদা হেনবা তান্নরিবা কাকশিংনে—মখোয়গী মখোন্না ঐগী থম্মোয়সে নীকহল্লে। মখোয়না জগৎসিবু শূন্যগী লমদম ওইহনগদৌবোই মাল্লে।

### শ্লোক ১৫

**ধূম্রা দিশঃ পরিধয়ঃ কম্পতে ভূঃ সহাদ্রিভিঃ।**
**নির্ঘাতশ্চ মহাংস্তাত সাকং চ স্তনয়িত্নুভিঃ॥ ১৫॥**

### শব্দার্থ

ধূম্রাঃ—মৈখূনা কূপলবা; দিশঃ—মায়কৈশিং; পরিধয়ঃ—কোয়শল্লবা; কম্পতে—নীকয়ি; ভূঃ—পৃথিবী; সহ অদ্রিভিঃ—চীঙ ময়ামগা লোয়ননা; নির্ঘাতঃ—বজ্র; মহান্—অচৌবা; তত—ইনাও ভীম; সাকম্—লোয়ননা; চ—সু; স্তনয়িত্নুভিঃ—নোংমংত্রবসু খোংবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

য়েংঙ্, অতিয়াপুম্বা মৈখূন পূঃকূপ কূপ্লে। পৃথিবীনা চীঙশাংশিংগা লোয়ননা নীকপা (মুহারাবা) মাল্লী। নোংমঙবসু নত্তনা নোংখোংশিবসে অমুগা অতিয়াদগী বজ্র তারক্লিবসি ননাকোঙচুনা তাও।

### শ্লোক ১৬

**বায়ুর্বাতি খরস্পর্শো রজসা বিসৃজংস্তমঃ।**
**অসৃগ্ বর্ষন্তি জলদা বীভৎসমিব সর্বতঃ॥ ১৬॥**

### শব্দার্থ

বায়ুঃ—নুমিৎ; বাতি—শীৎলি; খর-স্পর্শঃ—মচীন থৌবা পোৎনা শোকপদৌনা; রজসা—উৎকুন্না; বিসৃজন্—পুথোকুনা; তমঃ—অমম্বা; অসৃগ্—ঈথেঙ; বর্ষন্তি—নোং চুবগুম চুরি; জলদা—নোংনা; বীভৎসম্—অকিবগী মশক ওইবা; ইব—গুম্বা; সর্বতঃ—মায়কৈ পুম্বদা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নুংশীৎনা য়ায়া কন্না শীৎলি অমুগা মকম পুম্বদা উৎকুল পাইথৎপনা পুঙমম মমথরে। ঈথেঙগী নোংনা মায়কৈ মরিমত্তা কন্না চুরি।

শ্লোক ১৭

**সূর্য্যং হতপ্রভং পশ্য গ্রহমর্দং মিথো দিবি।**
**সসংকুলৈস্তু ভূতগনৈর্জ্বলিতে ইব রোদসী ॥ ১৭ ॥**

শব্দার্থ

সূর্য্যম্—নুমীৎপু; হতপ্রভম্—মঙান্-শাম্বা; পশ্য—য়েংঙু; গ্রহমর্দম্—গ্রহ মশেল থেঙ্গাইনবা; মিথঃ—অমগা অমগা; দিবি—অতিয়াদা; সসংকুলৈঃ—পূল্লরবা; ভূতগনৈঃ—জীবশিংনা; জ্বলিতে—মৈ হৌরবা; ইব—ওন্না; রোদসী—কপ্পী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

য়েংঙু—অতিয়াদা নুমীৎকী মঙান শামজল্লক্লে অদুগা গ্রহশিংনা অমগা অমগা থেংগাইনরে। বুদ্ধি থোক্ত্রবা জীবশিংসে মৈচাক মৈশানা শারদুনা কপ্পা মতৌ মাল্লে।

শ্লোক ১৮

**নদ্যো নদাশ্চ ক্ষুভিতাঃ সরাংসি চ মনাংসি চ।**
**ন জ্বলত্যগ্নি রাজ্যেন কালোহয়ং কিং বিধাস্যতি ॥১৮ ॥**

শব্দার্থ

নদ্যঃ—তুরেনশিং; নদাঃ—তুখাইশিং; চ—অমস্তুং; ক্ষুভিতাঃ—মথুম-মরাং হৌরে; সরাংসি—পুখ্রীশিং; চ—অমস্তুং; মনাংসি—পুক্লীং; চ—অমস্তুং; ন জ্বলতি—চাক্ত্রে; অগ্নিঃ—মৈ; রাজ্যেন—ঘীনফাওবা; কালঃ—মতম; অয়ং—(হায়গুমদ্রবা) অসি; কিম্—করি; বিধাস্যতি—থোকহনগদৌরিবনো।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

তুরেন্-তুখাই পুম্বগী অদুগা পুখীজাগোর পুম্বগী লাইজ ঈরাং হৌরে; পুক্লীং পুম্বমু ঈরাং-লাওলে। ঘীনা মৈ হৌবদা চাক্তরে। হায়গীগা মায়দবা করম্বা মতম্নো? করি থোক্লগদৌরিবনো?

শ্লোক ১৯

**ন পিবন্তি স্তনং বৎসা ন দুহ্যন্তি চ মাতরঃ।**
**রুদন্ত্যশ্রুমুখা গাবো ন হৃষ্যন্ত্যৃষভা ব্রজে ॥ ১৯ ॥**

শব্দার্থ

ন পিবন্তি—চীংদ্রে; স্তনম্—থোম্; বৎসাঃ—শল্লাওশিংনা; ন দুহ্যন্তি—শুম্বা য়াদ্রে; চ—অমস্তুং; মাতরঃ—শন্বীশিংনা; রুদন্তি—কপ্পী; অশ্রুমুখাঃ—পিরাং-চোৎপা মায়থোংগী; গাবঃ—শামুকশিং; ন হৃষ্যন্তি—হরাওদ্রে; ঋষভাঃ—শল্লাবশিংনা; ব্রজে—শন্জাবুংদা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শন্জাবুংদা শল্লাওশিংনা থোম থক্ত্রে, শন্বীশিংনা থোম্ শুম্বা য়াদরে, অদুগা শন-অমোমশিংনা পিরাং-শিল্লবা মায়থোংদা কপ্পি অদুগা শল্লাবশিংনা হরাওদ্রে।

শ্লোক ২০

**দৈবতানি রুদন্তীব স্বিদ্যন্তি হ্যুচ্চলন্তি চ ।**
**ইমে জনপদা গ্রামাঃ পুরোদ্যানাকরাশ্রমাঃ ।**
**ভ্রষ্টশ্রিয়ো নিরানন্দাঃ কিমঘং দর্শয়ন্তি নঃ ॥ ২০ ॥**

শব্দার্থ

দৈবতানি—লাইশঙদা লৈরিবা লাইশিং; রুদন্তি—কপ্পা মাল্লী; ইব—গুন্না; স্বিদন্তি—হুমাং কাংলি; হি—লেপ্পমক; উচ্চলন্তি—হৌগৎতুনা চৎলগে হায়বগুম্মী; চ—সু; ইমে—মখোয়সি; জনপদাঃ—নগরশিং; গ্রামাঃ—খুঙ্গংশিং; পুরা—সহরশিং; উদ্যান—হৈকোন-লৈকোনশিং; আকর—খোংশিং; আশ্রমাঃ—আশ্রমশিং; ভ্রষ্ট—মাঙখ্রবা; শ্রিয়ঃ—শক্তী ফজবা; নিরানন্দাঃ—নুংঙাইতবা; কিম্—করম্বা; অঘং—অরাবা; দর্শয়ন্তি—উহল্লী; নঃ—ঐখোয়দা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মন্দিরদা লাইশিংসি তেংথাহুনা অতুগা হুমাং কাংনা কপ্পগুম্মী। মখোয় মন্দিরদগী থোরুগে মতাগুম্মী । নগর, খুঙ্গং, সহর মচাশিং (পুর), লৈকোন, খোং অমসুং আশ্রমশিং—মখোয় পুম্নমক্কী ফজবা শকফমতু মাঙখরে অতুগা নুংঙাইফম ওইদরে । করম্বা অরাবশিংনা ঐখোয়বু ঙাইহুনা লৈরিগবা হায়কম খঙদরে ।

শ্লোক ২১

**মন্যে এতৈর্মহোৎপাতৈর্নূনং ভগবতঃ পদৈঃ ।**
**অনন্য পুরুষশ্রীভির্হীনা ভূর্হতসৌভগা ॥ ২১ ॥**

শব্দার্থ

মন্যে—ঐ খল্লী; এতৈঃ—মখোয়সিনা; উৎপাতৈঃ—উৎপাতশিংনা; নূনম্—লেপ্পমক; ভগবতঃ—পরমেশ্বর ভগবান্গী; পদৈঃ—খোঙনা (খোঙনা লৈবা চিহ্নশিংনা); অনন্য—অতোপ্পদা য়াওদবা; পুরুষ—পরমেশ্বর ভগবান্গী; শ্রীভিঃ—মঙ্গলগী মশক ওইবা খুদমশিংনা; হীনা—লৈত্রবা; ভূঃ—পৃথিবী; হত সৌভাগা—লাইৎক মাঙখ্রবী ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ওন্নতৈনবা খুদমশিংনা উৎলিবদি পৃথিবীগী লাইৎক ফরম্বদো য়াম্না হেন্না মাঙলে হায়বসিনি ঐনা খল্লিবা । ভগবান্গী চরণচিহ্ননা শোকপদগী পৃথিবীসি লাইবককবী ওইরম্বনি । অতুগা উৎপাতশিংসিনা উৎলিবদি ভগবান্গী খোঙনেৎকম ওইবগী লাইবকতু ওইররোয় ।

শ্লোক ২২

**ইতি চিন্তয়তস্তস্য দৃষ্টারিষ্টেন চেতসা।**
**রাজ্ঞঃ প্রত্যাগমদ্‌ব্রহ্মন্ যদুপুর্য্যাঃ কপিধ্বজঃ ॥ ২২ ॥**

শব্দার্থ

ইতি—অসুম্না; চিন্তয়তঃ—বাখল তৌরিঙৈদা; তস্য—মহাক্কী; দৃষ্টা—উরবা; অরিষ্টেন—খুদম কত্তবশিংনা; চেতসা—পুক্নীংনা; রাজ্ঞঃ—নিংথৌগী (মফমদা); প্রতি—হন্না; আগমৎ—লাক্লম্মী; ব্রহ্মণ—হে ব্রাহ্মণ; যদুপুর্য্যাং—যদুশিংগী রাজ্যদগী; কপিধ্বজ—অর্জুন ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে ব্রাহ্মণ শৌনক, মহারাজ যুধিষ্ঠিরনা মতমতুদা পৃথিবীদা থোক্লিবা ফত্তবা খুদমশিং উরগা মথন্তা অসুম্না খল্লিন্তৈদা অর্জ্জুনদু যদুপুর রাজ্যদগী হল্লকখিরম্মী।

শ্লোক ২৩

**তং পাদয়োর্নিপতিতমযথাপূর্ব্বমাতুরম্।**
**অধোবদনমব্বিন্দূন্ সৃজন্তং নয়নাজ্জয়োঃ॥ ২৩॥**

শব্দার্থ

তম্—মহাকপু (অর্জ্জুনবু); পাদয়োঃ—খোঙদা; নিপতিতম্—তুন্নবা; অযথাপূর্ব্বম্—মমাঙৈগুম্দবা; আতুরম্—থবাই-নুংঙাইতবা; অধোবদনম্—মায়লুকখরবা; অপ্-বিন্দূন্—পি মরীক মরীক; সৃজন্তম্—তাহল্লবা (কপ্লবা); নয়ন-অব্জয়োঃ—মীৎসা থম্বান্দগী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাক্না ময়াম্বুংগী খোঙদা খুরুম্নবদা মমাঙৈদা থোকখিদবা অবাবা শকফমদো নিংথৌনা উখি। (অর্জ্জুনগী) মরায় লুকখরম্মী অদুগা মাগী মীৎসা থম্বান্দগী পি চদুম চদুম শিন্দুরম্মী।

শ্লোক ২৪

**বিলোক্যোদ্বিগ্নহৃদয়ো বিচ্ছায়মনুজং নৃপঃ।**
**পৃচ্ছতি স্ম সুহৃন্মধ্যে সংস্মরন্নারদেরিতম্॥ ২৪॥**

শব্দার্থ

বিলোক্য—উরদুনা; উদ্বিগ্ন—সাঙতক্লবা; হৃদয়ঃ—থম্মোইং; বিচ্ছায়ম্—মকৃছিল্লবা মায়থোং; অনুজম্—অর্জ্জুনবু; নৃপঃ—নিংথৌনা; পৃচ্ছতি স্ম—হংলকৃখি; সুহৃন্—মরূপশিংগী; মধ্যে—মরক্তা; সংস্মরন্—নীঙশীঙদুনা; নারদ—মুনি; ঈরিতম্—উৎলম্বা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

থম্মোইশোক্লা খোয়রাংলম্বা অর্জ্জুনগী অমকপা মায়খোঙ উরগা মহারাজ যুধিষ্ঠিরনা নারদমুনিনা উৎলম্বা ইঙ্গিতশিংদু নীঙশীং নীঙশীংনা মরূপ মপাং মমাঙদা অর্জ্জুনদা বা হংখি।

শ্লোক ২৫

**যুধিষ্ঠির উবাচ**
**কচ্চিদানর্ত্তপুর্য্যাম্ নঃ স্বজনাঃ সুখমাসতে।**
**মধুভোজদশার্হার্হ সাত্বতান্ধকবৃষ্ণয়ঃ॥ ২৫॥**

শব্দার্থ

যুধিষ্ঠিরঃ উবাচ—যুধিষ্ঠিরনা হায়রম্মী; কচ্চিৎ—বরা; অনর্ত্তপুর্য্যাম্—দ্বারকাগী; নঃ—ঐখোয়গী; স্বজনাঃ—মরীবতাশিং; সুখম্—নুংঙাইনা; আসতে—লৈ; মধু—মধু; ভোজ—ভোজ; দশার্হ—দশার্হ; আর্হ—আর্হ; সাত্বত—সাত্বত; অন্ধক—অন্ধক; বৃষ্ণয়ঃ—বৃষ্ণিবংশগী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহারাজ যুধিষ্ঠিরনা হায়রম্মী—হে অর্জুন, ঐখোয়গী মরীমতা মধু, দশার্হ, আর্হ, সাত্বত, অন্ধক-নচিংবা বৃষ্ণিশাগৈগী মী পুম্নমক নুংঙাইনা লৈহৌবরা?

শ্লোক ২৬

**শূরো মাতামহঃ কচ্চিৎ স্বস্ত্যাস্তে বাথ মারিষঃ।**
**মাতুলঃ সানুজঃ কচ্চিৎ কুশল্যানকদুন্দুভিঃ॥ ২৬॥**

শব্দার্থ

শূরঃ—শূরসেন; মাতামহঃ—ইমাপোকপা ইপু; কচ্চিৎ—বরা; স্বস্তি—নুংঙাইনা; আস্তে—লৈ; বা—নত্রগা; অর্থ—মরমদুনা; মারিষঃ—ইকাইখুম্নঙাই ওইবা; মাতুলঃ—মামা; স-অনুজঃ—মনাওশিংগা লোয়ননা; কচ্চিৎ—বরা; কুশালী—য়াইফরিবা; আনকদুন্দুভিঃ—বসুদেব।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ইকাইখুম্নবগী মশক ওইবা ইবুধৌ শূরসেন নুংঙাইরিবরা? মামা বসুদেবদু মনাওশিংগা লোয়ননা য়াইফরিদনা?

শ্লোক ২৭

**সপ্ত স্বসারস্তৎপত্ন্যো মাতুল্যান্যঃ সহাত্মজাঃ।**
**আসতে সস্নুষাঃ ক্ষেমং দেবকীপ্রমুখাঃ স্বয়ম্॥ ২৭॥**

শব্দার্থ

সপ্ত—তরেৎ; স্বসারঃ—মচেমশিং; তৎ-পত্ন্যঃ—মাগী তালোইশিং; মাতুল্যান্যঃ—মামানা লৌবা ইনেশিং; সহ—লোয়ননা; আত্মজাঃ—মচা মশুশিং; আসতে—লৈ; সস্নুষাঃ— মমৌশিংগা লোয়নবা; ক্ষেমং—নুংঙাইবা; দেবকীঃ—দেবকী; প্রমুখাঃ—চিংলবী; স্বয়ম্—মশামক।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাক্কী দেবকীনচিংবী তালোই তরেৎনি। মখোয়নে অদুগা মখোয়গী মচা-মমৌ লোইনমক নুংঙাইহৌবরা?

শ্লোক ২৮-২৯

**কচ্চিদ্রাজাহুকো জীবত্যসৎপুত্রোঽস্য চানুজঃ।**
**হৃদীকঃ সসুতোঽক্রূরো জয়ন্তগদসারণাঃ॥ ২৮॥**
**আসতে কুশলং কচ্চিদ্ যে চ শত্রুজিদাদয়ঃ।**
**কচ্চিদাস্তে সুখং রামো ভগবান্ সাত্বতাং প্রভুঃ॥ ২৯॥**

শব্দার্থ

কচ্চিৎ—বরা; রাজা—নিংথৌ; আহুকঃ—উগ্রসেনগী অতোপ্পা মমিং; জীবতি—হিংলি হৌজিক-ফাওবা; অসৎ—ফাওবা; পুত্রঃ—মচানুপা; অস্য—মাগী; চ—সু; অনুজঃ—মনাওনুপ; হৃদীকঃ—হৃদীক; সসুতঃ—মচানুপা কৃতবর্মাগা লোয়ননা; অক্রূরঃ—অক্রূর; জয়ন্ত—জয়ন্ত; গদ—গদ; সারণাঃ—সারণ; অসতে—লৈ; কুশলম্—নুংঙাইনা; কচ্চিৎ—বরা; যে—মখোয়; চ—সু; শত্রুজিৎ—শত্রুজিৎ; আদয়ঃ—নচিংবা; কচ্চিৎ—বরা; আস্তে—লৈ; সুখম্—নুংঙাইনা; রামঃ—বলরাম; ভগবান্—ভগবান্; সাত্বতাম্—ভক্তশিংগী, প্রভুঃ—মবুংঙো।

## মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

**কন্তবা কংসগী মপা উগ্রসেনগা মনাওমুপাগা হৌজিকফাওবা হিংলিবরা? হৃদীকগা মচামুপা কৃতবর্ম্মাগা মুংঙাইবিবরা? অক্রূর, জয়ন্ত, গদ, সারণ অমসুং শত্রুজিৎখোয় লোইনমক মুংঙাইহৌবরা? ভক্তশিংগী মবুংঙো পরমেশ্বর ভগবান্ বলরাম করম তৌরি?**

## নৈনরোল

পাণ্ডবশিংগী কোমুং হস্তিনাপুর নয়াদিল্লীগী মনাক অদুবাইদা লৈবনি। অদুগা উগ্রসেনগী রাজ্যনা মথুরাদনি। দ্বারকাদগী মথুরা তাম্না হল্লকপদা অর্জুনদু মথুরা নগরদা চঙলক্লবা য়াই, মবমদুনা মথুরাগী নিংথৌগী রা হংলিবসি হংবা য়াই। মরীমতা ময়ামগী মীং পল্লকপদা শ্রীকৃষ্ণগী মযামুং রাম নত্রগা বলরামগী মিংদা 'ভগবান্' হাযবা শব্দ নপশল্লিবসিগী মরমদি ভগবান্ বলরামদি শ্রীকৃষ্ণগী প্রকাশবিগ্রহ বিষ্ণুতত্ত্বনা ওইরিবনি। পরমেশ্বর ভগবান্দি অনী শুদ্রবস্তু (অদ্বিতীয়ম্ ওইরবস্তু) অতে জীবগুম্না কায়ব্যূহ ওইনা য়াম্না চোংথোরকয়ি। বিষ্ণুতত্ত্ব ওইবা জীবশিংদি পরমেশ্বর ভগবান্গী স্বরূপ ঙাক্তনি, অদুনা মথোয় লোইনমক পরমেশ্বর ভগবান্গা গুণলোমদা অমসুং চাংদারোমদা চপ মান্নে। অদুগা জীবশক্তিদগী থোরকপশিংদি ভগবান্গা থক মান্নদে। জীবশক্তিগা বিষ্ণুতত্ত্বগবু অমতনি হায়বা মীদুদি মালেমসিদা মামুক তোন্বা লৈতরে। শ্রীরাম হায়বদি শ্রীবলরামদি ভগবানগী ভক্তশিংবু ঙাকপীশিনবী। বলদেবনা ভক্তশিংগী গুরু ওইনা লৈ অদুগা মশাগী ওইজবা খিদবা পৃকচেন্না চান্বিদুনা সংসার-দা পুখরবা জীবশিংবু উদ্ধার তৌবি। শ্রীবলরাম শ্রীচৈতন্যপ্রভুনা অবতার তৌবা মতমদা শ্রীনিত্যানন্দ প্রভু ওইনা পোকপিখি। শ্রীনিত্যানন্দ প্রভুদা মহাপাপী জগাই মাধাই অনীবু লানবিদুনা মপাম্নাইদবা কৃপা উৎপিখি। মরমসিনা বলরামদি ভগবদ্ভক্তশিংগী (সাত্বতশিংগী) রক্ষাকর্ত্তা ওইবা মবুংঙোনি হায়না নৈনরিবা শ্লোকসিদা পাল্লিবনি। মহাত্মী কৃপাতনা কৃষ্ণবু ফংগ-দৌরিবনি। মরমদুনা শ্রীবলরামদি অশেঙবা ভক্তশিংগী মবুংঙো অমসুং গুরু ওইনা উৎলিবা ভগবদ্ কৃপানা ওইবা অবতারনি।

## শ্লোক ৩০

**প্রদ্যুম্নঃ সর্ব্ববৃষ্ণীনাং সুখমাস্তে মহারথঃ।**
**গম্ভীররয়োঽনিরুদ্ধো বর্ধতে ভগবামুত॥ ৩০॥**

## শব্দার্থ

প্রদ্যুম্নঃ—(ভগবান্ কৃষ্ণগী মজাবুংঙো অমনি); সর্ব্ব—পুম্বা; বৃষ্ণীনাম্—বৃষ্ণীশাগৈদা পোক-পশিংগী; সুখম্—মুংঙাইনা; আস্তে—লৈরিবরা; মহারথঃ—মহারথ; গম্ভীর—য়াম্না লুনা; রয়ঃ—হৈশিংবা; অনিরুদ্ধঃ—অনিরুদ্ধ (শ্রীকৃষ্ণগী মশুবুংঙো); বর্ধতে—চাওখৎহৌরিবরা; ভগবান্—পরমেশ্বর ভগবান্; উত—অদুগসু।

## মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

**বৃষ্ণিবংশগী অচৌবা সেনাপতি (মহারথ) প্রদ্যুম্ন মুংঙাইনা লৈহৌবরা? ভগবান্ অনিরুদ্ধ করম তৌহৌরি?**

নৈনরোল

প্রদ্যুম্ন অমসুং অনিরুদ্ধ অনীমক ভগবান্গী কায়ব্যূহ ওাক্তনি। মরমসিনা মখোয়মহ্ বিষ্ণু তত্ত্বনি। দ্বারকাদা বাসুদেবমা মাগী কায়ব্যূহ সংকর্ষণ, প্রদ্যুম্ন অমসুং অনিরুদ্ধশা লোয়নদুনা মহাক্কী দিব্যলীলা শারে, মরমদুনা মখোয় খুদিংমকপু অনিরুদ্ধমু নৈনরিবা লোকসিদা হায়রগুম্না ভগবান্ কৌবা য়াই।

শ্লোক ৩১

সুষেণশ্চারুদেষ্ণশ্চ সাম্বো জাম্ববতীসুতঃ।
অন্যে চ কার্ষ্ণিপ্রবরাঃ সপুত্রা ঋষভাদয়ঃ॥ ৩১॥

শব্দার্থ

সুষেণঃ—সুষেণ; চারুদেষ্ণঃ—চারুদেষ্ণ; চ—অমসুং; সাম্বঃ—সাম্ব; জাম্বতী সুতঃ—জাম্ববতীনা পোকপা; অন্যে—অতৈ অতৈ; চ—সু; কার্ষ্ণি—শ্রীকৃষ্ণগী মচানুপাশিং; প্রবরাঃ—অথোইবশিং; সপুত্রাঃ—মচাশিংগা লোয়নবা; ঋষভ—ঋষভ; আদয়ঃ—নচিংবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ভগবান্ কৃষ্ণগী মচাবুংওশিং হায়বদি সুষেণ, চারুদেষ্ণ, মমা জাম্ববতীনা পোকপা সাম্ব, অদুগা ঋষভনচিংবা মখোয় মখোয়গী মচাশিংগা লোয়ননা নুংঙাইনা লৈহৌরিবরা?

নৈনরোল

হায়রিবা হায়খিবদুনি—ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা তালোই ১৬,১০৮ লুহোংখি অদুগা তালোই অমমম্না মচানুপা ১০।১০ পোকই। অদুনদি শ্রীকৃষ্ণগী মচানুপালি ১৬,১০৮×১০=১৬১,০৮০ নি। মখোয় লোইনমক চাউরগে, মখোয় খুদিংমক মপাবুংদৌনা মশীং চপ মান্নবা মচা পোকখি। অদুনা কৃষ্ণগী ইমুংদা লৈবা মীয়ী মশিংদি ১৬১০,৮০০ রোম ওইগনি। ভগবান্দি জীব পুন্নমক্কী মপানি; জীবশিংগী মশীংদি থীদুনা লোইবা নত্তে। মরমদুনা মালেমথকসিদা দ্বারকানাথ ওইনা শান্নখিবা দীব্যলীলাশিংদা ভগবান্গা লোয়ননবা কৌখিবদি মখোয় খরতনি। ভগবান্গী পরিবারদা মী য়াম্না উরিবসি করিস্নু ওক্লওাই ওইদে। ভগবান্গা ঐখোয় জীবগা চাংদম্নদবনা হেন্না কৈ। ভগবান্গী দিব্য ওইবা ফীভমগী মচেৎ অমতংবু হেক খঙবা ওস্বগা মতু অচুম্বা অমা হেক্তা ওইরবনি। মহারাজ যুধিষ্ঠিরনা কৃষ্ণগী মচা মগুশিংগী য়্বা হংবদা মখোয়গী মরক্তা অথোইবা মীতা খরতগী মিং পনবনি মরমদি ভগবান্গী ইমুংগী মীয়ামদুগী মিং লোইনা নীংশিঙবদি ওইথোক্তে।

শ্লোক ৩২-৩৩

তথৈবানুচরাঃ শৌরেঃ শ্রুতদেবোদ্ধবাদয়ঃ।
সুনন্দনন্দশীর্ষণ্যা যে চান্যে সাত্বতর্ষভাঃ॥ ৩২॥
অপি স্বস্ত্যাসতে সর্বে রামকৃষ্ণ ভুজাশ্রয়াঃ।
অপি স্মরন্তি কুশলমস্মাকং বদ্ধসৌহৃদাঃ॥ ৩৩॥

শব্দার্থ

তথা, ইব—মদুগুম্না; অনুচরাঃ—মতম পুম্বদা লোয়নরিবা; শৌরেঃ—ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী; শ্রুতদেব—শ্রুতদেব; উদ্ধব-আদয়ঃ—উদ্ধবনচিংবশিং; সুনন্দ—সুনন্দ; নন্দ—নন্দ; শীর্ষণ্যা—অতৈ লুচিংবশিং; যে—মখোয় পুম্বা; চ—অমসুং; অন্যে—অতৈশিং; সাত্বত—মুক্ত ওইবশিংনা; ঋষভাঃ—খ্বাইদগী হেনবা

মীতাশিং; অপি—বরা; স্বস্তি—নুংঙাইনা লৈবা; আসতে—ওইরে; সর্বে—পুম্নমক; রাম—বলরাম; কৃষ্ণ—শ্রীকৃষ্ণ; ভুজ-আশ্রয়াঃ—পাম্বোমশী মপান্তাংবা; অপি—সু; স্মরন্তি—নীংশিংঙী; কুশলম্—য়াইফবা; অস্মাকম্—ঐখোয়গী রা; বদ্ধসৌহৃদাঃ—মরূপ ওইবা নিত্যগী পুন্নবা।

## মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রুতদেব, উদ্ধবনচিংবা অতৈসু, নন্দ, সুনন্দ অমসুং ভগবান্‌গা তৎতনা লোয়নরিবা মুক্তাত্মাশিংগী লুচিংবা অতৈ অতৈবু ভগবান বলরাম অমসুং কৃষ্ণনা ঙাকশেনবনি। মখোয়দো লোইনমক মাগী মাগী থবক নীঙথিনা তৌরিবরা? ঐখোয়গা মরূপ ওইবা ভাব-না মতম পুম্বদা পুল্লিবা মখোয়দো ঐখোয়বু নীঙশীঙলম্বরা?

## নৈনরোল

ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগা তত্তনা লোয়নরিবা মীশিং উদ্ধবনচিংবদো মুক্তাত্মা ঙাক্তনি। মখোয়ন্থু ভগবান শ্রীকৃষ্ণগা লোয়ননা প্রাকৃত ভূমিসিদা ভগবান্‌গী থবক পাঙথোক্লবা হায়দুনা কুমকপনি। পাণ্ডবশিংসু ভগবান্‌গী দিব্যলীলা পৃথিবীদা শান্নবা মতমদা ভগবান্‌বু সেবা তৌনবগীদমক ভগবান্‌গা লোয়নদুনা পোক্লরিবনি। ভগবদ্গীতাদা হায়রি (৪।৮)—ভগবান্না মাগুম্না মুক্ত ওইবা মাগী নিত্য-পার্ষদশিংদুনা মর্ত্যধামদা মরক মরক্তা কুম্লকয়ি। ভগবান্দি মখোয় পুম্নবু নীঙশীংঙী; অদুগা মাগী পার্ষদশিংদি মুক্তাত্মা ওইরবসু ভগবান্‌গী তটস্থা (চিদাই-তাবা) শক্তি ওইবা মরম্না কাউথোকয়ি। মসিনি বিষ্ণুতত্ত্বগা জীবতত্ত্বগা খেন্নবা হায়বদু। জীবতত্ত্বশিংদি ভগবান্‌গী শীঙলাক-ঙমদবা শক্তি-মৈরিক ঙাক্তনি, মরমদুনা মতম পুম্নমক্তা ভগবান্না মখোয়বু কন্‌বিকম থোক্লিবনি। ভগবান্‌গী নিত্যদাসশিংবু ভগবান্না মতম পুম্বদা কন্‌বিনীঙঙী। মরমসিনা মুক্তাত্মা জীবশিংনা মখোয় মশাবু ভগবান্‌গুম্না মনীঙ-তম্বনি নত্রগা শক্তিচেন্‌বনি হায়না থক খন্দে। অদুগা মখোয়না প্রাকৃত অমসুং দিব্যজগৎ অনীমক্তা মখোয়বু মতম অনীমক্তা কন্‌বিয়ু হায়না ভগবান্দা চঙজৈ। মুক্ত জীবাত্মাশিংনা ভগবান্‌গী মখাপোন্‌বসে স্বরূপকী হৌনবীনি, মরমদি মৈগী মরীক মরীক্লা মৈজাওগা লোয়নরগদা ঙান্‌বগুম্বা অদুগা মরম্নাই ওইনা ঙান্‌ঙমদবগুম্বা মুক্ত জীব ঙাক্তনি। মৈরীকপীদা মৈগী ধর্ম্ম অশাবা অমসুং মঙাল য়াওরবসু মাগী মঙালদু মৈজাওগী মখা পোল্লবা মতমদা হেক্তা মূৎলী। মতৌ অদুগুম্না ভগবান্দা চঙজদবা মশা মশাবু মপু অমমম্নি হায়না লৌরিবা জীবশিংনা অমুক হন্না মর্ত্যধামসিদা পোক্লে, শাথিরবা মওংদা তপ শাংনা তৌরবসু। হায়রিবা বাসি বেদশাস্ত্রগী বানি।

## শ্লোক ৩৪

**ভগবানপি গোবিন্দো ব্রহ্মণ্যো ভক্তবৎসলঃ।**
**কচ্চিৎপুরে সুধর্ম্মায়াং সুখমাস্তে সুহৃদ্বৃতঃ ॥ ৩৪ ॥**

## শব্দার্থ

ভগবান্—ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণ; অপি—সু; গোবিন্দঃ—শন্‌শিংগা ইন্দ্রিয়শিংগবু শেন্নবিবা মপু; ব্রহ্মণ্যঃ—ব্রাহ্মণশিংগী ভক্তশিংবু নীঙবা; ভক্তবৎসলঃ—ভক্তবু মুংশিহৈবা; কচ্চিৎ—বরা; পুরে—দ্বারকা পুরীদা; সুধর্ম্মায়াং—ফজনা ধর্ম্ম-চৎপা সভাদা; সুখম্—মুংঙাইনা; আস্তে—লৈ; সুহৃদ্বৃতঃ—মরূপ মপাংনা কোয়শল্লবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শনশিংদা, ইন্দ্রিয়শিংদা অমসুং ব্রাহ্মণশিংদা মুংঙাইবা পীনবিবা, অদুগা মাগী ভক্তবু লুনা তৌরিবা ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণদো দ্বারকা পুরীদা মরূপশিংনা কোয়শল্লদুনা সুধর্ম্মা সভাদা মুংঙাইনা লৈরিবরা?

নৈনরোল

নৈনরিবা শ্লোকসিদা পরমেশ্বরবু ভগবান্, গোবিন্দ, ব্রহ্মণ্য অমসুং ভক্তবৎসল হায়না বর্ণন তৌরি। মহাক্তি ভগবান্ স্বয়ং-নি হায়বদি ঐশ্বর্য্য (লন্) পুম্বনা, শক্তি পুম্বনা, জ্ঞান পুম্বনা, শ্রী (শক ফজবা) পুম্বনা, মিংচৎ পুম্বনা অমসুং ত্যাগ (থাদোকপা) পুম্বনা তিল্লবা মরু পরমেশ্বর অদুনি। মহাক গোবিন্দনি মরমদি মহাক শন্শিংগী অমসুং ইন্দ্রিয়শিংগী মুংঙাইবা পীবনি। ভগবান্গী মফমদা ভক্তি তৌবনা ইন্দ্রিয়পুম্ববু মকৃহল্লবা মীতাশিংতনা অওইবা মওংগী সেবা ভগবান্দা তৌবা ঙম্মী, অদুম্না তৌরগা মোত্রবা ইন্দ্রিয়শিংদগী প্রাকৃত-নত্তবা মুংঙাইবা ফংবা ঙম্মী। অমোৎপা অমদি মায়ালাংদা-থুরবা জীবনা ইন্দ্রিয়শিংদগী করিগুম্বা মুংঙাইবা অমতা ফংদে, মরমদি ইন্দ্রিয়গী ওইদবা মুংঙাইবনা গুমহৎপা মরম্না মহাক ইন্দ্রিয়গী মনাই ওইদুনা লৈ। মরমসিনা ভগবান্না ঐখোয়বু কন্বিত্রবদি গত্তি লৈত্রে। ভগবান্দি শন অমদি ব্রহ্মণ্য ধর্ম্মগী ঙাকশেন্বিবা মপুনি। শন অমদি ব্রহ্মণ্য ধর্ম্মবু কম্লনবা হোৎনত্রবা সমাজদু ভগবান্ মশামক্লা ঙাকশেন্ত্রে, মখোয়বু শেন্বদি জেলগী বন্দীশিংবু নিংথৌ মশামক্লা শেন্বগী মহুত্তা নিংথৌগী শাথিরবা প্রতিনিধিনা শেন্নবগী ফীভম অদুগুমত্রে। মীওইবগী সমাজদা শনবু ঙাকশেন্দ্রবা অদুগা ব্রহ্মণ্যধর্ম্মবু চর্চ্চা তৌত্রবদি সমাজদুগী মী শল্লক খরগীদমক্তি সভ্যতানা চাউখৎপা ঙম্বদি ওইথোক্করে। ব্রহ্মণ্য ধর্ম্ম চর্চ্চানা হায়বদি মীওইবদা লৈবা সাত্ত্বিক গুণশিংদু মপুঙফানা ফুকায়হল্লবদা ব্রাহ্মণ ওইবা ঙমগনি অদুগা ভগবান্ মশামকপু ফংগনি। সাত্ত্বিকগুণশিংদুদি অচুম্বা চৎপা, পুক্নিঙ লৈতাবা, ইন্দ্রিয় খুদুম চন্বা, অথাঙকন্বা, চম্বা, প্রাকৃত অমসুং অপ্রাকৃত জ্ঞান লৈবা, বেদশাস্ত্রগী অর্থ খঙনা চেংনা থাজবা—ময়ামসিনি। ব্রাহ্মণ ওইবগী মপুঙফাবা ফীভম থাক অদু লাম্থোক-হেন্দোক্লবা মতুঙদা ভগবানগী ভক্ত ওইগদবনি, অদুদদা ভগবান্না মাগী মনাই (দাস্য), মরূপ (সখ্য), পলেম -পম্থৌ (বাৎসল্য) অমসুং কান্তা ওইনা ভক্তবু লুংশিবিগনি। ভগবান্গী দিব্য-প্রেম ফংবা য়ানবা ভক্তগী ফীভমদু মথক্তা হায়খিবা ব্রাহ্মণগী গুণশিংসে চেন্নবা তৌত্রবদি কৈদৌঙৈনু ওইবা য়ারোই। ব্রাহ্মণগী গুণ-চেন্বা মীতাদা ভগবান্না মায়ওল্লন্বনি, ওইদবা আভিজাত্যগী মীতাদুদা ভগবান্না মায়-ওল্লরোই। মগুম্না ব্রাহ্মণগী থাক্-মখাদা লৈবা মীদুদি ভগবান্গা সম্বন্ধ থম্না ঙম্মোই; মদুদি কনাগী মতৌগুম্না হায়রগা লৈপাক অক্বগা উগা সম্বন্ধ লৈরবসু উ-য়াওত্রবা লৈপাক্তগী মৈ হোৌবা হায়বা য়াদবগুম্বনি। ভগবান্দি মথন্তনা মপুঙফাবা (পূর্ণ) হায়বদু ওইবনি মহাক য়াইকরিবরা হায়ফম থোক্তে, মরমদুন মহারাজ যুধিষ্ঠিরনা মদু হংলমদে। মহাক্না হংলম্বদি ধর্ম্মচেন্বা মীতানা লৈরিবা দ্বারকাপুরীগী মরমগুদনি। ভগবান্দি সাধুশিংনা তিন্বা মফমদদা লৈ অদুগা মখোয়না পরমসতাবু গৌরব তৌবদুদা ভগবান্না পেল্লী। মগরাজ যুধিষ্ঠিরনা দ্বারকাপুরীগী ধর্ম্ম চেনবা মীশিংগী অমসুং মখোয়গী থবকশিংগী মরমদা খঙনীংবনা খোয়রাংলম্মী।

শ্লোক ৩৫-৩৬

মঙ্গলায় চ লোকানাং ক্ষেমায় চ ভবায় চ।
আস্তে যদুকুলাম্ভোধাবাদ্যোঽনন্তসখঃ পুমান্॥ ৩৫॥
যদ্বাহুদণ্ডগুপ্তায়াং স্বপুর্য্যাং যদবোঽর্চ্চিতাঃ।
ক্রীড়ন্তি পরমানন্দং মহাপৌরুষিকা ইব॥ ৩৬॥

### শব্দার্থ

মঙ্গলায়—য়াইফনবগী; চ—সু; লোকানাম্—গ্রহলোকশিংগী; ক্ষেমায়—অকংববু ঙাকশেন্নবগীদমক; চ—অমসুং; ভবায়—অনৌবা থাক্কা কাখৎনবগীদমক; চ—সু; আস্তে—লৈ; যদুকুল-অম্ভোধৌ—যদুশাগৈ ঈপাক্তা; আদ্যঃ—ইহান্-হান্বা মহাক (আদিপুরুষ); অনন্তসখঃ—অনন্তগা (বলরামগা) লোয়নবা; পুমান্—পুরুষ অথোইবা শ্রীকৃষ্ণ; যৎ—মহাক্কী; বাহুদণ্ড গুপ্তায়াম্—পাম্বোনা ঙাক্লিবা; স্বপুর্য্যাম্—মহাক্কী পুরীদা; যাদবঃ—যাদবশাগৈনা; অর্চিতাঃ—লাৎলিবা; ক্রীড়ন্তি—কোয়শান্শান্নরি; পরমানন্দম্—প্রাকৃত-নত্তবা নুংঙাইবদা; মহাপৌরুষিকাঃ—বৈকুণ্ঠবাসীশিং; ইব—গুম্না।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

আদিপুরুষ ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনা বিশ্বজগৎ পুম্নমক য়াইফহন্নবা, ঙাকশেন্নবা অদুগা চাওখৎননবগীদমক যদুশাগৈ ঈপাক্তা ভগবান্ অনন্ত বলরামগা লোয়নননা লৈরি। যদুবংশগী মীশিংনা ভগবান্গী পাম্বোম্না ঙাকশেল্লিবনিনা বৈকুণ্ঠবাসীগুম্না পুন্সি নুংঙাইনা লেল্লী।

### নৈনরোল

পরমেশ্বর ভগবান্দি ব্রহ্মাণ্ড-খুদিংদা গর্ভোদকশায়ী অমসুং ক্ষীরোদকশায়ী ওইনা লৈ হায়বগী বা ঐখোয়না হান্নবা তোয়না তোয়না নৈনখ্রে। ক্ষীরোদকশায়ী বিষ্ণুগী ধামদি ব্রহ্মাণ্ডগী অরাং মাথকৈগী মতোন্দা লৈ, মফমদুদা শঙ্গোমগী ঈপাক (ক্ষীরসমুদ্র) লৈ অদুগা ভগবান্না শ্রীবলরামগী শায়োন অনন্তদেবনা ওইবা শর্য্যাথক্তা চেপ্তুনা লৈ। মহারাজ যুধিষ্ঠিরনা যদুশাগৈবু ক্ষীর-সমুদ্রগা পাংথক্লি অমসুং শ্রীবলরামবুনা শ্রীকৃষ্ণনা লৈরিবা অনন্তগা পাংথক্লি হায়রম্মী। অদুগা মহাক্না দ্বারকাবাসীশিংবু বৈকুণ্ঠলোকবাসীশিংগা চাংদম্নরি! ঐখোয়গী মীৎনা উরিবা মফমশিংদগী হেন্না লাপ্না লৈরিবা প্রাকৃত আকাশগী বাংমদা অদুগা বিশ্বব্রহ্মাণ্ডবু কুপ্লিবা মরোল তরেৎকী বাংমদা কারণ সমুদ্র লৈ; কারণ সমুদ্রগী মমুঙদা ব্রহ্মাণ্ড পুম্নমক ফুটবোল অমমমগুম্না তাউদুনা লৈ। কারণ সমুদ্রগী বাংমদা বৈকুণ্ঠ-আকাশ কৌবা ঙমখৈ-নাইদবা আকাশ অমা লৈ, মদুবু ময়াম্না ব্রহ্ম-তেজ (মণ্ডাল) হায়না কৌনৈ। মণ্ডান্সিগী মনুংদসু অমুক প্রাকৃত-নত্তবা লোক শীঙনাইদবমখৈ লৈ। লোকশিংসে বৈকুণ্ঠ লোক হায়না খঙনৈ। বৈকুণ্ঠ আকাশদা লৈবা লোক খুদিংমক প্রাকৃত জগত্তা লৈবা খ্বাইদগী পুঙহেন্না চাউবা ব্রহ্মাণ্ডদগী য়াম্না হেন্না চাউবা ঙাক্লি। বৈকুণ্ঠগী লোক খুদিংদা লৈরিবশিংদু ভগবান্ বিষ্ণুগী শকফমগা মান্নৈ। মখোয়সি মহাপৌরুষিক হায়বদি ভগবান্বু হকথেংননা সেবা তৌরিবা পুরুষ হায়না খঙনৈ। বৈকুণ্ঠলোকবাসীশিংসে মখোয়গী লোকশিংদা নুংঙাইনা অবা-অনং অমতা য়াওদবমখৈ লৈ। মখোয় মতম পুম্বদা মথোক কাবা ফীভমদা লৈ, অদুগা মপুঙফাবা চিদানন্দদা লৈ। পোকপা-শিবা, হন্নরকপা অমদি অনাবা হায়বসি থোকনি হায়বগী অকিবা মখোয়গী লৈতে। মখোয়দা কাল (মতম) কৌবা লাইগী প্রভাব চঙদে। মহারাজ যুধিষ্ঠিরনা দ্বারকাবাসীশিংবু বৈকুণ্ঠলোকগী মহাপৌরুষিকশিংগা চাংদম্নরম্বগী মরমদি মখোয় ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগা লোয়নননা নুংঙাইনা লৈরম্মী। ভগবদগীতাগী মফম অয়াম্বদা বৈকুণ্ঠলোকশিংগী বা পন্দুনা য়াওরি; লাইরীক্তুদা মখোয়বু 'মদ্ধামা' হায়বদি 'ভগবান্-ঐগী লমদম' হায়না লৈ।

### শ্লোক ৩৭

**যৎপাদশুশ্রূষণমুখ্যকর্ম্মণা সত্যাদয়ো দ্ব্যষ্টসহস্রযোষিতঃ।**
**নির্জ্জিত্য সংখ্যে ত্রিদশাংস্তদাশিষো হরন্তি বজ্রায়ুধবল্লভোচিতাঃ ॥ ৩৭ ॥**

### শব্দার্থ

যৎ—মহাক্কী; পাদ—খোঙ; শুশ্রূষণ—সেবা, থৌগনবা; মুখ্য—মাঙ-থাবা; কর্ম্মণা—থবক্না; সত্যাদয়ঃ—সত্যভামানচিংবা রাণীশিংনা; দ্বি-অষ্ট—নিপাল অনী হায়বদি তরাতক্তক; সহস্র—লীশীঙ; যোষিতঃ—মুপীশিং; নির্জিত্য—মায়থীবা পীদ্বুনা; সংখ্যে—লান্দা; ত্রিদশান্—দেবশিংবু; তৎ-আশিষঃ—দেবতাশিংনা ভোগ তৌরম্বা (পারিজাত); হরন্তি—পুরকম্মি; বজ্র-আ.ুধ-বল্লভা—বজ্রনা থূলাই ওইবা ইন্দ্রনা পামজনা মুংশিরবা তালোইশিং; উচিতাঃ—ফংনঙাই ওইবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সেবা পুম্নমক্কী মকোক ওইবা চরণসেবা হায়বস্থু তৌদুনা ভগবান্দা সেবা কৎলগা দ্বারকাগী সত্যভামানচিংবী রাণীশিংনা দেবতাশিংবু লান্দা মায়থীবা পীনবা ভগবান্দা তকশনখি। অমুম্না মায়থীবা পীহল্লগা রাণীশিংনা বজ্র-পায়বা ইন্দ্রগী রাণীশিংগীদা মপোৎ ওইম্নবা পারিজাত কৌবা লৈ অদু পুরকখি।

### নৈনরোল

সত্যভামাঃ— দ্বারকাদা শ্রীকৃষ্ণগী লৈরম্বা মকোক ওইবী মহিষীশিংগী মরক্তা সত্যভামা য়াওরিবনি। নরকাসুরবু হাৎলবা তুংদা ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনা সত্যভামাগা লোয়ননা নরকাসুরগী কোমুং দর্শন তৌখি। মহাক্না ইন্দ্রলোকদসু সত্যভামাগা লোয়ননা লেঙখি। শচী দেবীনা সত্যভামাবু তরাম্না ওক্লগা দেবতাশিংগী অপোকপী মমা অদিতিগী নাক্তা পুশন্দুনা শক-তাকখি। অদিতিনা পেল্লদুনা—শ্রীকৃষ্ণনা পৃথিবীদা লৈরিবা মতম অদুক্কী মথৈ সত্যভামাগী যৌবন তেক্ত কায়দনা লৈশমু—অমুম হায়না আশিষ তৌখি। দেবতাশিংনা স্বর্গদা মখোয়দগী ভোগ তৌনঙাই ওইবা পোত্তাশিংদু য়েংনবগীদমক অদিতিনা সত্যভামাবু কোয়পু পুদুনা য়েংহল্লম্মী। সত্যভামানা পারিজাত লৈরাং উবদা দ্বারকাদা মাগী শঙ্গাইকোন্দা থম্নবা পারিজাত পাম্বীদু পামলুরে। অদুদগী সত্যভামানা শ্রীকৃষ্ণগা লোয়ননা দ্বারকাদা হল্লকখি অদুগা মাগী শঙ্গাইকোন্দা পারিজাত পাম্বী থানীংবদু ফোঙদোকখি। সত্যভামাগী শঙ্গাইদি মমল য়াম্নবা মণি-মুক্তা ঙাক্তনা লৈতেংলম্বা অমনি; কালেম্বাগী য়াক্লেন-য়াকপা মতমদা শঙ্গাই মমুংদু পুঙদীং ঈংলম্মী। মহাক্কী শঙ্গাইদু কীরান কয়া থেৎতুনা লৈতেংলম্মী, মদুনা মপুরোইবা মকমদুদা লৈ হায়বা তাক্লম্বনি। নোংমনা মপুরোইবগা লোয়ননা মহাক্না দ্রৌপদীগা উনখি; মপুরোইববু মওং করম্না করম্বা উপায়না পেলহনগদগে হায়বগী মরমদা দ্রৌপদীদগী পাউতাক লৌনীংলম্মী। নিপা পেলহন্নবা সেবাগী মরমদা দ্রৌপদীদি য়াম্না থওলম্মী মরমদি মপুরোইবা পাণ্ডব মঙামকপু মহাক্না পেলহনবা ওম্মী। দ্রৌপদীনা তাকপীবা পাউতাক ফংবদা সত্যভামা মপাম্নাইদনা পেনজখি। অদুদগী দ্রৌপদীখোয়গী য়াইফনবা লাইনীংঙী হায়রম্নগা মহাক দ্বারকাদা হল্লকখি। মপাক সত্রাজিৎকী মচানুপীনি। ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনা থ.পখিবা মতুঙদা অর্জুননা দ্বারকা য়েংবা চৎলুব' মতম মহিষী পুম্নমক সত্যভামা অমসুং রুক্মিণীগা লোয়ননা থরাই শোক্না ভগবানগীদমক কপলম্মী। পুন্সি লোইরমদাইদা সত্যভামা বন মখুঙদা চঙদুনা অকনবা তপ ভৌখি।

সত্যভামানা বৈকুণ্ঠলোকগী পারিজাত লৈরাংদু পুরক্লবা মবুংঙো শ্রীকৃষ্ণবু ইনসল্লম্মী। ভগবানসু পাজল মুকখায়নরগা লৈরাংদু অচম্বা মীতানা মাগী তালোইবু পেলহন্নবা পোৎ লৌবগুম লৌরক্তুনা পুরকখি। মথক্তসু হায়রে—ভগবানদি মুপী ময়াম থম্নগা মখোয়গী য়াথংদু মীচম অমনা পাঙথোকপগুম

তৌনীংঙাই লৈরমদে। অদুবু মহিষীশিংনা অবাংবা থাক্কী সেবা (ভক্তি) লৌদুনা ভগবানগী মুংঙাইনবা তৌরম্বা মরম্না ভগবান্না মুপী-নীংবা মপূঙফাবা মপুরোইবা অমগুম্না শক্তক য়াথি। কনাগুম্বা মর্ত্যলোকবাসী অমত্তনা স্বর্গরাজ্যদগী করিগুম্বা পোৎ অমতা ফংগে হায়না আশা তৌবা য়াদে। থোইদোক হেন্দোক্না পারিজাত লৈরাং লৌরুবা আশা থম্বা য়াদে, মরমদি হায়রিবা লৈরাংসিদি দেবতাশিংদনা শীজন্নগদবা পোৎনি। মহিষীশিংনা মপুরোইবা নীংবী মুপী ঙাক্তনিনা স্বর্গগী দেবতাশিংগী তালোই অথোইবীশিংদগী ওইবা পোৎ অদু ভোগ তৌথি। অমরোমদা হায়রগা, ভগবান্দি মাগী সৃষ্টিদা লৈরিবা পোৎ খুদিংমক্কী মপুনিনা জগৎকী মফম অমদগী তাঙনা ফংবা পোৎ অমবু দ্বারকাগী মহিষীশিংনা ফংনবদা করিসু ঙক্তাই লৈতে।

শ্লোক ৩৮

**যদ্বাহুদণ্ডাভ্যুদয়ানুজীবিনো যদুপ্রবীরা হ্যকুতোভয়া মুহুঃ।**
**অধিক্রমন্ত্যঙ্ঘ্রিভিরাহৃতাং বলাৎ সভাং সুধর্ম্মাং সুরসত্তমোচিতাম্॥ ৩৮॥**

শব্দার্থ

যৎ—মহাক্কী; বাহুদণ্ড—পাম্বোম; অভ্যুদয়—মপান তাংলিবা; অনুজীবিনঃ—মতম পুম্বা হিংলিবা; যদু—যদু শাগেগী মীশিং; প্রবীরাঃ—অথোইবা বীরশিং; হিকুতোভয়াঃ—করিগুম্বা হীরমদা অকিবা পোক্তবা; মুহুঃ—মতম পুম্বদা; অধিক্রমন্তি—খোঙনেৎলম্মী। অঙঘ্রিভিঃ—খোঙনা; আহৃতাম্—পুরকখি; বলাৎ—নমহৎতুনা; সভাম্—রাজসভা; সুধর্ম্মাম্—সুধর্ম্মা; সুরসত্তমা—দেবতাশিংগী মরক্তা অথোইবশিং; উচিতম্—মতীকচাবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

যদুশাগেগী অথোইবা বীরশিংদু ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী মপাম্বোম্না ঙাকশেনবা মরম্না মতম পুম্নমক্তা করিগুম্বা হীরমদা কিরমদে। মরমদুনা মখোয়গী মখোঙনা সুধর্ম্মা সভাদু নেৎলম্মী; সুধর্ম্মাসিদি দেবতাশিংদগী মতীক চাবনি, অদুবু দেবতাশিংবু নমহৎতুনা পুরকখিবনি।

নৈনরোল

ভগবান্বু হকথেংননা সেবা তৌরিবা মীশিংদি ভগবান্না অকিবা পুম্নমক্কী ফনবি অদুগা মখোয়দু নম-হাদুনা পুরকপা ওইরবসু অফবা পোৎ মথৈ ভোগ তৌবা ফংঙী। ভগবান্না জীব পুম্নমক্কী মফমদা চপ মান্নবা চংলী, অদুবু মহাক মহাক্কী শুদ্ধভক্তশিংবু য়াম্না নুংশি, অদুনা মখোয়গী মীচঙ চঙঙী। প্রাকৃত জগত্তা খুাইদগী যবা পোত্তাশিংনা লল্লেবা অমা ওইদুনা দ্বারকাপুরী চাওখৎলম্মী। রাজসভা হায়বসে রাজ্য রাজাদুগী মতীক-ময়াই মতুং ইন্না লিংলম্বা ঙাক্লি। স্বর্গদা সুধর্ম্মা কৌবা রাজসভা দেবতাশিংগী ইজৎ মান-ঙাকপা সভানি। অসিগুম্বা সভাদি মর্ত্যলোকসিদা লৈবা রাজ্য অমত্তগী মতীক চাবা নৎলমদে, লক্তা চাওখৎলবসু রাজ্যদুনা। অদুবু শ্রীকৃষ্ণনা মর্ত্যধামদা লৈরিঙৈগী মনুঙদা যদু শাগেগী মীশিংনা নমহৎতুনা স্বর্গগী সুধর্ম্মা সভাবু মালেমথক্তা পুথরকখি অদুগা দ্বারকাদা থমখি। মতৌ অসুম্না যদুশাগেনা নমহৎপা ঙমখিবসিগী মরমদি শ্রীকৃষ্ণনা মখোয়বু চানবিবা অমসুং ঙাকশেনবিবনি হায়বসি মখোয়না খঙঙী। অমরোমদা হায়রগনা মাগী শুদ্ধ ভক্তশিংনা ভগবান্ ব্রহ্মাণ্ডদা লৈরিবা পোৎ অফবমথৈ পীদুনা শ্রীকৃষ্ণবু পেলহল্লী। ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণবু যদু শাগেগী মীশিংনা জগত্তা লৈবা অফবা পোৎ ঙাক্তনা থোগল্লি, সেবাদুগী মহুৎ ওইনা ভক্তশিংবু শ্রীকৃষ্ণনা ঙাকশেনবী, অদুনা মখোয়সু করিমতা কিরমদে।

কাউজন্টাবা মায়াবদ্ধ জীবর্দি কিগল্লি। অদুগা মায়াগী মথা পোন্দবা জীবদি মপাগী কৃপা ফংবা মচা পীশঙ্কা কনামতবু কিদবগুম্না কদৌউদস্থ কিগন্দে। জীবনা তুমদুনা লৈরগা ভগবান্গা লৈনবা নিত্য সম্বন্ধ কাউথোক্লিউদা ওইবা মায়া মথল অমনি কিগনবা হায়বসে। জীবাত্মাদি মাগী স্বরূপকী মররমদা শ্রীমদ্ভগবদগীতাদা হায়বা মতুং ইন্না (২।২০) কদৌউদস্থ শিদে হায়বা মরম্না কন্নিদমক কিগদৌরিবনো? কনাশুবনা তুন্নিউদা মমঙদা কৈ উদুনা কিবা য়াই, অদুগা তুমদবা মীদি মনাক্তা কৈ অমতা উদে। অতুম্বা তুমদবা মী অনীদুগী মফমদা কৈ লৈতবগুম্বা পোংন্নি, মরমদি তশেংবা হায়রগদি মথোয়গী অনীমক্কী নাক্তা কৈ লৈতে। অদুবু তুমদবা মতমগী পুক্নিদু কাউগনবা মীতনা কিগল্লি, অদুগা মশাগী স্বরূপ থওবা মীদি কন্নিমতা কিদে। মতৌ অদুগুম্না যদুবংশগী মী পুন্নমক ভগবান্গী সেবাগী মপুঙফানা তুমদবগুম লৈ; মরম অদুনা মথোয়গীদি কিনঙাই কৈ অমতা কন্নিগুম্বা মতমদস্থ লৈতে। কন্নিগুম্বা চানবা কৈ লৈরবফাওবদা ভগবান্না মথোয়বু কনগদৌবগী শেম-শাই।

শ্লোক ৩৯

**কচ্চিত্তেঽনাময়ং তাত ভ্রষ্টতেজা বিভাসি মে।**
**অলব্ধমানোঽবজ্ঞাতঃ কিংবা তাত চিরোষিতঃ ॥ ৩৯ ॥**

শব্দার্থ

কচ্চিৎ—কন্নি; তে—নঙগী; অনাময়ং—অনায়েক লৈতবা; তাত—ইনাওমুপা; ভ্রষ্ট—ম্নাওদ্রবা; তেজাঃ—তেজ মঙান; বিভাসি—ওইবা মাল্লি; মে—ঐঙোন্দা; অলব্ধমানঃ—সম্মান-ফংদবা; অবজ্ঞাতঃ—থওইবিদ্রবা; কিম্—কন্নি; বা—নত্রগা; তাত—হে ইনাও; চিরোষিতঃ—কুইনা লৈথরকপনা মরম ওইদুনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে ইনাও অর্জুন, নঙগী অনায়েক লৈতবরা শেংনা হায়য়ু ঐঙোন্দা। নশক অদু য়েংবদা মক্-মকশিন্বা মাল্লী। নঙনা কুইনা দ্বারকাদা লৈথবদুদা মথোয় ময়াম্না নঙবু সম্মান তৌদবা অমদি থৌশাদবদগী মুংঙাইতবা মতৌয়া?

মৈনয়োল

মীৎয়েং মায়কৈ শুনা য়েংদুনা মহারাজ যুধিষ্ঠিরনা দ্বারকাগী য়াইফবগী বা অর্জুন-দা হংখি; অদুবু মহাত্মা পাণ্ডবম্বা বাগী পোলোইদি ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনা লৈরিবমখৈদি কন্নিগুবা অমঙ্গল অমতা থোক্লোই হায়বসিনা ওইরম্মী। অদুবু, মতম অদুমক্তদা অর্জুনগী মায়থোংদি মকৃশিন্না উরম্মী, মরমদুনা মহারাজনা অর্জুন মশাগী মরমদা অমস্তুং মরুওইবা বাহংশিংসি হংলম্মী।

শ্লোক ৪০

**কচ্চিন্নাভিহতোঽভাবৈঃ শব্দাদিভিরমঙ্গলৈঃ।**
**ন দত্তমুক্তমর্থিভ্য আশয়া যৎপ্রতিশ্রুতম্ ॥ ৪০ ॥**

শব্দার্থ

কচ্চিৎ—বরা; ন—নৎলমদে; অভিহতঃ—হায়রম্বা; অভাবৈঃ—প্রেম-বাৎপা মীনা; শব্দ-আদিভিঃ—থোন্না; অমঙ্গলৈঃ—অমঙ্গলগী মশক ওইবা; ন—তৌরমদে; দত্তম্—দান্ পীবা; উক্তম্—হায়রম্বা; অর্থিভ্যঃ—অনীবা মীগী মফমদা; আশয়া—আশাগা লোয়ননা; যৎ—অদু; প্রতিশ্রুতম্—পীগে হায়খিবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কনাগুম্বনা মক্লপকী মতৌ মান্দবা বাহৈনা নঙবু ভাওলম্বরা নৎত্রগা নঙবু কিহল্লবরা? কনাগুম্বনা নঙোন্দগী করিগুম্বা পোৎ নিরকপদা পীবা ঙমখিদবরা নৎত্রগা কনাগুম্বদা নঙনা পীগে হায়রগা পীবা ঙমখিদবরা?

নৈনরোল

কনা কনাগুম্বা শেন-চিন্‌বা মীনা ক্ষত্রিয় নৎত্রগা শেল্লৈবা মীগী মনাক্তা চঙজরকয়ি। শেল নিরকপা মতমদা নিররিবা মীতা অমত্তুং মকম মতম বিচার তৌরগা লল্লৈবা মীনা দান তৌবদি লল্লৈবা মীতুগী মথৌনি। ক্ষত্রিয়তুনা নৎত্রগা লল্লৈবা মীতুনা পুথখিবা বাতু পাঙথোকপা ঙমত্রগদি মথবাই মুংঙাইতে। মন্নুমা ঙমদবগীদমক করিগুম্বা মতমদা আশা কায়হল্লী। অতুগা অম্নুমা পাঙথোকপা ঙমদবগীদমক মীনা থীনা ভাওনরকপনা অর্জুনগী মথবাই মুংঙাইতবগী মরম ওইবা য়াই।

শ্লোক ৪১

কচ্চিত্বং ব্রাহ্মণং বালং গাং বৃদ্ধং রোগিণং স্ত্রিয়ম্।
শরণোপসৃতং সত্ত্বং নাত্যাক্ষীঃ শরণপ্রদঃ ॥ ৪১ ॥

শব্দার্থ

কচ্চিৎ—বরা; ত্বম্—নহাক; ব্রাহ্মণম্—ব্রাহ্মণ; বালম্—অঙাঙ; গাম্—শন্ অমোম; বৃদ্ধম্—হন্নুবা; রোগিণম্—অনাবা মী; স্ত্রিয়ম্—নুপী; শরণ উপসৃতম্—হাকন্‌গীদমক চঙজরকপা; সত্ত্বম্—জীব; ন—দবরা; অত্যাক্ষীঃ—চঙজফম পীদবরা; শরণপ্রদঃ—চঙজফম-পীগন্‌বা

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নহাক্তি মহৌশানা ব্রাহ্মণশিং, অঙাঙশিং, শন্‌শিং অমত্তুং অনাবা অমত্তুং হন্নুবা মীদা চঙজফম পীগন্‌বনি। অদুবু মখোয় কনানা চঙজরকপা মতমদা নহাক্না চঙহন্‌থিদবা য়াওখ্রবরা?

নৈনরোল

সমাজগী ইহলোক পরলোক অনীমক্তা য়াইফনবগীদমক জ্ঞান তান্‌শন্‌বগী থবক মতম চুপ্পা তৌরিবা ব্রাহ্মণশিংবু নিংথৌনা মরম পুন্নমক্তা ঙাকৃশেনগদবনি। মতৌ অদুগুম্না লৈপাক্কী অঙাঙশিং, শন, অনাবা মী, নুপী অমত্তুং অহল লমনশিংবু রাজ্যনা হায়বদি ক্ষত্রিয় রাজানা ঙাকৃশেন্‌ফম থোকয়ি। অসিগুম্বা জীবশিংবু রাজ্যনা নৎত্রগা ক্ষত্রিয়শিংনা ঙাকশেন্ত্রবদি রাজ্যতুগী নৎত্রগা ক্ষত্রিয়তুগী ইকায়নঙাই অমনি। অসিগুম্বা ইকাইনঙাই থোদোকশিং অর্জুনগী মকমদা থোক্লবরা হায়না মহারাজ যুধিষ্ঠিরনা হংখি।

শ্লোক ৪২

কচ্চিত্বং নাগমোঽগম্যাং গম্যাং বাসৎকৃতাং স্ত্রিয়ম্।
পরাজিতো বাথ ভবান্নোত্তমৈর্নাসমৈঃ পথি ॥ ৪২ ॥

শব্দার্থ

কচ্চিৎ—বরা; ত্বম্—নহাক; ন—নত্তে; আগমঃ—শম্নরুবা; অগম্যাম্—শম্নবা-য়াদবা; গম্যাম্—শম্নবা-য়াবা; বা—নত্রগা; অসৎকৃতাম্—মফিমরোল-মোৎলবী; স্ত্রিয়ম্—নুপী; পরাজিতঃ—মায়থীরবা; বা—নত্রগা; ভবান্—নহাক; ন—নত্তে; উত্তমৈঃ—শক্তি হেনবা মীনা; ন—নত্তে; অসমৈঃ—মান্নদবা; পথি—লম্বীদা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শম্নবা য়াদবা মুপীগা শম্নরুরবরা নল্লগা শম্নবা-য়াবী মতীক-চাবী মুপীবুনা ফিমোৎপীনি হায়রুনা মতীকচানা শম্নরুরবরা? নপুং নমান্নবা নৎত্রগা মান্নদবা কনানা লম্বীদা মায়থীবা পীরক্লবরা?

নৈনরোল

পাণ্ডবশিংগী মতমদা মুপাগা মুপীগা অপনবা-লৈতবা সঙ্গ তৌবরু পংয়া য়ারমদে হায়বরু নৈনরিবা শ্লোকসিনা তাকৃপোই তৌয়ি। অৱাংবা বর্ণগী মুপা হায়বদি ব্রাহ্মণ ক্ষত্রিয়শিংনা বৈশ্য নৎত্রগা শূদ্র নিঙোন লৌবা য়ারম্মী অদুগা অনেম্বা বর্ণগী মুপানা অৱাংবা বর্ণগী মুপী লৌবা য়ারমদে। ক্ষত্রিয় অমনফাওবা ব্রাহ্মণী অমবু লৌবা য়ারমদে। ব্রাহ্মণগী মুপীবু ইমা তরেৎকী মরুংদা অমনি হায়না খল্লম্মী। (ইমা তরেৎ হায়বদি কনাগুম্বা মীগী অপোকপী মমা, দীক্ষাগুরু নৎত্রগা ওজাগী মুপী, ব্রাহ্মণা পান্নরিবী মুপী, নিংথৌগী তালোই, শন-অমোম, মপী ওইবী মুপী, অমসুং পৃথিবী হায়বসিনি)। ব্রাহ্মণ মুপাগা মুপীগা শম্নবা অসিগুম্ববু উত্তম (অকবা) অমসুং অধম (ফত্তবা) হায়না খঙনরম্মী। ব্রাহ্মণ অমগা ক্ষত্রিয়ানি অমগা লৌনবদি উত্তমনি, অদুগা ক্ষত্রিয় অমনা ব্রাহ্মণী অমা লৌবদি অধম-নি, মরমদুনা মদুবু য়ানরমদে। কনাগুম্বী মুপী অমনা মুপা অমদা শম্নশি হায়জরবদা য়াবিদবা য়াদে, অদুম্নদি ওইরগা মংকা হায়থিবা নিয়মসিদি ঙাক্কবা য়াদে। শূদ্রদগীসু হেন্না তোনবা জাতিগী মুপী হিড়িম্বীনা ভীমদা মাগী মুপী ওইজগে হায়না চঙজরকখি। যযাতিনা শুক্রাচার্য্যগী মচামুপীবু য়াবিরমদে মরমদি শুক্রাচার্য্যদি ব্রাহ্মণ। অমনি ব্রাহ্মণ ব্যাসদেবদা পাণ্ডু অমসুং ধৃতরাষ্ট্র অনীবু পোকউ হায়খি। সত্যবতী ডোম-নিঙোল্লি, অদুবু অচৌবা ব্রাহ্মণ পরাশরনা মঙোন্দা ব্যাসদেব পোকখি। অসুম্না মুপী-মুপা লৌনবগী খুদম য়াম্না লৈ। অদুবু মথক্কী মতাঙশিংদদি হন্দোয়নগাই ওইনা শম্নবা অমতা নত্তে অং্গা লৌনবগী খুদম য়াম্না লৈ। অদুবু মথক্কী মতাঙশিংদদি হন্দোয়নগাই ওইনা শম্নবা অমতা নত্তে অং্গা অসুম্না শম্নবদগী পোকপা মচাশিংসু অধম্ নত্তে উত্তম ঙাক্লি। মুপাগা মুপীগা শম্নবা হায়বসি মহৌ-শাগীনি। অদুম্নদি ওইরগা শম্নবসি নিয়ম খরগী মথা পোন্বা তাই, মদু ওইরবদি সমাজগী শুদ্ধিরু কায়দবা য়াগনি অমসুং পৃথিবীগী অশান্তি পুরক্লবা মমল-য়াওদবা মীতাগী মশীঙ হেঙ্গৎহন্দবা য়াগনি।

কনাগুম্বা মান্নবা নৎত্রগা হম্নবা মীতাগী মথুত্তা মায়থীবা ফংবদি ক্ষত্রিয় মচাগী য়াম্না হংগোইনগাই ওইবা থবক্লি। মায়থীবা ফংবা তারবদি খোইগৎপা মীগী মথুত্তা মায়থিবদি কৈ। অর্জুনবু ভীষ্মনা মায়থীবা পীখি অদুগা ভগবান্ কৃষ্ণনা মাবু খুদোংথীবরুদগী কন্‌খি। মসিদা অর্জুন চোপ্তে মরমদি মায়কৈ খুদিংমক্তা হায়বদি চহীদা, মান-দা অদুগা পাঙ্গল কন্‌বদা ভীষ্মনা অর্জুন্দগী হেল্লী। কর্ণগা অর্জুনগদি শামান্-লেংমান্নৈ, মরমদুনা কর্ণগা লাম্থেংনবা মতমদা অর্জুন দশা তাখি। দশাদু অর্জুনা খঙলম্মী অদুনা কর্ণবু লৌনম-মীহাৎকী পাম্বৈনা হাৎখি। অসিনি ক্ষত্রিয় মশেল থেংনবদি। অদুনা মহারাজ যুধিষ্ঠিরদা হংলম্লিবনি—অর্জুনা দ্বারকাদগী হল্লকপদা থোকহল্লীংদবা করম্বা থোদোক থোক্লবরা হায়না।

শ্লোক ৪৩

অপি স্বিৎপর্য্যভুঙ্‌ক্থাস্ত্বং সম্ভোজ্যান্ বৃদ্ধবালকান্।
জুগুপ্সিতং কর্ম্ম কিঞ্চিৎকৃতবান্ন যদক্ষমম্ ॥ ৪৩ ॥

শব্দার্থ

অপি স্বিৎ—মদু ওইরম্নবদি; পর্য্য—হন্দোক্লনা; ভুঙ্‌ক্থাঃ—চাখরে; ত্বম্—নহাক; সম্ভোজ্যান্—চামিন্নবদা মতীকচাবা; বৃদ্ধ—হম্নবা; বালকান্—মুপান্নচাশিং; জুগুপ্সিতম্—তুকচরবা; কর্ম্ম—থবক; কিঞ্চিৎ—খজিক; কৃতবান্—তৌরমগনি; ন—নত্তে; যৎ—মদু; অক্ষমম্—ঙাকপীহৈদ্রবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নহাক্না চামিন্-থকমিন্নবা য়াবা অহনশিংবু অমসুং মুপামচাশিংবু মুনা ভৌরুত্রবরা? মথোয়বু লংশেল্লগা নথত্তা চারুরবরা? তুকচনগাই ওইবা অতুগা ঙাককম-থোক্তবা মতাংগী থবক নহাক্না ভৌরুরবরা?

নৈনরোল

গৃহস্থ খুদিংনা ইহান হান্বদা য়ুমগী অঙাংশিংবু, অহল-লমনশিংবু ব্রাহ্মণশিংবু অমসুং অনাবশিংবু পীজথোকদবনি। অহুদা নত্তনা, কিদয়ঙাই ওইবা গৃহস্থদি মানা চাক চাত্রিঙৈগী মমাঙদা শক-থঙনদবা চাক্লাম্বা মী লৈরবদি মাবু কৌরগা পীজগদবনি। অসিগুম্বা মী লৈবরা হায়রুনা লমজাউদা থোক্লগা অহুমক কৌগদবনি। গৃহস্থগীদমক ভৌকম থোকপা মথৌসি থৌশাত্রবদি, থোইদোক হেন্দোক্লা অহল-ওইবা অমসুং নহা ওইবা অঙাংশিংগী মতাঙদা থৌশাত্রবদি মহাক্না শাজংতু-ঙাকপিকম থোক্তে।

শ্লোক ৪৪

কচ্চিৎ প্রেষ্ঠতমেনাথ হৃদয়েনাত্মবন্ধুনা।
শূন্যোহস্মি রহিতো নিত্যং মন্যসে তেহন্যথা ন রুক্ ॥ ৪৪ ॥

শব্দার্থ

কচ্চিৎ—বরা; প্রেষ্ঠতমেন—খ্বাইদগী হেন্না মুংশিজবা মহাক্না; অথ—হে ইনাও অর্জুন; হৃদয়েন—খ্বাইদগী চান্নবা; আত্ম-বন্ধুনা—নরূপ কৃষ্ণনা; শূন্যঃ—শূন্য; অস্মি—ঐ ওই; রহিতঃ—কংত্রবা; নিত্যম্—মতম পুম্নমক ওইনা; মন্যসে—নঙনা খল্লী; তে—নঙগী; অন্যথা—নংত্রগদি; ন—কদৌঙৈদস্থ নত্তে; রুক্—পুক্নীং য়াবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নংত্রগনা চান্ন-থোইরবা মরূপ ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণবু লৈত্রহুনা মতম পুম্নমক ওইনা নথম্মোইহু ইহাঙ হাঙবরা? ওহে ইনাও অর্জুন, নঙগী নমায় মকশন্দুনা নথবাই য়াবগী মরম অতোপ্পা অমা থন্‌কম থোক্তরে।

নৈনরোল

শ্রীকৃষ্ণগী স্বর্গারোহন অহুনা মুক্ষম ওইরগা যুধিষ্ঠির মহারাজনা জগৎকী মরমদা থঙনীংবা পুম্নসিগী য়াথল লাকখিবনি। য়াথল্দু হৌজিক্কি অর্জুনগী নীংবা-কায়বগী খুদয়রিবা মায়থোং লাংশনবা উবদা ফোংনা হায়দোক্লম্বনি। নংত্রগদি-অর্জুনগী ফীভম ওইহরিবদো ওইয়ম্নোইদৌবনি। মরমহুনা মতুগী মরমদা চিংনরম্নবস্থ শ্রীনারদমুনিগী ভৌরম্বা ইঙ্গিতনা য়ুমকম ওইরগা অর্জুনদা কোংনা হংলম্লিবনি।

অহুম্না ব্রহ্মসূত্র ভাষ্য শ্রীমদ্ভাগবতম্‌গী অহান্বা স্কন্ধ শ্রীকৃষ্ণনা থ়ুপথিবা কৌবা তরামরিশুবা অধ্যায়গী ভক্তিবেদান্তগী নৈনরোল লোইরে।

# তরামঙাগুবা অধ্যায়

## পাণ্ডবশিংনা মতম চানা সংসার থাদোকপা

শ্লোক ১

সূত উবাচ
এবং কৃষ্ণসখঃ কৃষ্ণো ভ্রাত্রা রাজ্ঞাবিকল্পিতঃ ।
নানাশঙ্কাস্পদং রূপং কৃষ্ণবিশ্লেষকর্শিতঃ ॥ ১ ॥

শব্দার্থ

সূতঃ উবাচ—সূত গোস্বামীনা হায়; এবম্—মতৌ অসুম্না; কৃষ্ণসখাঃ—কৃষ্ণসখ; কৃষ্ণঃ—অর্জুন; ভ্রাত্রা—ময়াম্বুংনা; রাজ্ঞা—নিংথৌ যুধিষ্ঠিরনা; বিকল্পিতঃ—ওইরবরা হায়না হংলম্মী; নানা—মখল মখলগী; শঙ্ক-আস্পদম্—চিংনবনা থল্লবা; রূপম্—মওং; কৃষ্ণ—ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণ; বিশ্লেষ—কায়নবনা; কর্শিতঃ—থ্রক্ থ্রক্ কংশল্লম্মী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সূত গোস্বামীনা হায়—কৃষ্ণগী সখা অর্জুনদো ময়াম্বুং মহারাজ যুধিষ্ঠিরনা মওং মওংগী চিংনবা বাহং হংলম্বত্থ্না কৃষ্ণ-কায়নবগী মৈচাক্না থ্রক থ্রক কংশল্লম্মী ।

নৈনরোল

থবাই বামন্থিবনা অর্জুন থনাও ফুন্দুনা বা ঙাঙবা থোক্লমদে । মরমত্থুনা মহারাজ যুধিষ্ঠিরনা ওইরম্বা য়াবরা হায়না থল্লম্বা বাহংশিংত্থুগী পাউথুম চপচাবা পীবা ওইথোক্লমদে ।

শ্লোক ২

শোকেন শুষ্যদ্বদনহৃৎসরোজো হতপ্রভঃ ।
বিভুং তমেবানুস্মরন্নাশক্নোৎ প্রতিভাষিতুম্ ॥ ২ ॥

শব্দার্থ

শোকেন—কায়নবগী রাবনা; শুষ্যৎ-বদন—কংশল্লবা চীনা; হৃৎসরোজঃ—থম্মোই-থম্বাল; হতপ্রভঃ—মকশল্লম্মী; বিভুম্—বিভু পরমেশ্বরবু; তম—মহাকপু; এব—লেপ্পমক; অনুস্মরন্—নীঙশীংত্থুনা; ন—নত্তে; অশক্নোৎ—ঙম্নমী; (ন অশক্নোৎ—ঙম্নমদে); প্রতিভাষিতম্—পাউথুম পীবা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কায়নবগী বাবনা অর্জুনগী চীন-য়া অমসুং থম্মোই-থম্বান্দু থ্রক-থ্রক কংশল্লম্মী। মরমত্থুনা মাগী দেহদা মঙাল য়াওরমত্রে। পরমেশ্বর ভগবান্বুদা থন্মুনা লৈরম্বনা অর্জুন ময়াম্বুংদা পাউথুম পীবা ঙম্নমদে ।

শ্লোক ৩

**কৃচ্ছ্রেণ সংস্তভ্য শুচঃ পাণিনামৃজ্য নেত্রয়োঃ ।**
**পরোক্ষেণ সমুন্নদ্ধপ্রণয়ৌৎকণ্ঠ্যকাতরঃ ॥ ৩ ॥**

শব্দার্থ

কৃচ্ছ্রেণ—য়াম্না হাবা; সংস্তভ্য—থামহনা; শুচঃ—অবাবহ্; পাণিনা—খুৎনা; আমৃজ্য—নাম্থোক্লনা; নেত্রয়োঃ—মীৎ অনীহ্; পরোক্ষেণ—(শ্রীকৃষ্ণবু) উদবনা; সমুন্নদ্ধ—হেন্জংলম্বা; প্রণয়-ঔৎকণ্ঠ্য—মুংশিবগী থৌরাংবনা; কাতরঃ—লাংতক্নবা (ওইখি) ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

থবাই-বারম্বহ্ মথুৎনা [illegible] শীমাংহ্ তৈথোক্লনা য়াম্না য়াবা থাম্মী । অহুগা শ্রীকৃষ্ণবু উদবনা মাগী থম্মোই-লাংতক্নবহ্ অহুম অহুম হেন্জংলকপনা য়াম্না মুংঙাইরমদে ।

শ্লোক ৪

**সখ্যং মৈত্রীং সৌহৃদঞ্চ সারথ্যাদিষু সংস্মরন্ ।**
**নৃপমগ্রজমিত্যাহ বাষ্পগদ্গদয়া গিরা ॥ ৪ ॥**

শব্দার্থ

সখ্যম্—য়াইফনবা নীঙবা; মৈত্রীম্—(মরূপকী মমক) কান্নবা তৌবা; সৌহৃদম্—থম্মোই-[illegible]; সারথ্য-আদিষু—রথ [illegible]; সংস্মরন্—[illegible]; নৃপম্—নিংথৌদা; অগ্রজম্—মরাম্বুংদা; ইতি—অসুম্না; আহ—হায়খি; বাষ্প—[illegible]; গদ্গদয়া—শেংনা হায়দোকপা থোক্তবা; গিরা—বাহৈনা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণবু, অহুগা মহাত্মা অর্জুনগী য়াইফনবা নীঙবীবা, কান্নবা তৌবিথিবা 'অমদি রথগী সারথি ওইবিথিবা—অহু পূম্বা নীঙশীঙ নীঙশীঙনা অর্জুন-না [illegible]-মপী হোন্দুনা মরোল শেংগুম্-শেংদবগুম্বা বাহৈনা পাউতমখি ।

নৈমরোল

পরমেশ্বর ভগবান্‌গা মহাকী পূক-শেংবা ভক্তশিংগা লৈনবা সম্বন্ধদি মচেক-মরা থাংদে। [illegible] ভগবান্‌গী সখ্যভাবকী [illegible] শুদ্ধ ভক্তশিংগী মরক্তা য়াওবা ভক্ত অমনি; অহুনা অর্জুনগী [illegible] ভগবান্‌গী মতৌনি বাংলেন-বাহবা থাকী মরূপ-শক্তা তৌবা মতাংহুনি। [illegible] অর্জুনগী য়াইফনবা নীংবদা [illegible] মাগী কান্নবহ্ তৌরমী; হায়রিবা মথোরনীগী সবক্তসি মপুঙ ফাহনবা হায়হুনা সুভদ্রাবু অর্জুনগা লুহোংবিহুনা পারিবারিক [illegible]থি । হায়রিবা অসি পূম্নমক্কী মথক্তা [illegible] ভগবান্না অর্জুনবু [illegible] হায়হুনা অর্জুনগী [illegible] অহুগা পাণ্ডবশিংবু পৃথিবী [illegible] শ্রীকৃষ্ণগী [illegible] । [illegible] পূম্নসি অর্জুন-না মথং মথং নীঙশীঙখিবা মরম্না বাথল মরামমসিনা মাগী পূক্নিঙ থ্‌মুহৎখি ।

শ্লোক ৫

**অর্জুন উবাচ**
**বঞ্চিতোঽহং মহারাজ হরিণা বন্ধুরূপিণা।**
**যেন মেঽপহৃতং তেজো দেববিস্মাপনং মহৎ ॥ ৫ ॥**

শব্দার্থ

অর্জুনঃ উবাচ—অর্জুন-না হায়রম্মী; বঞ্চিতঃ—হুন্দোকপীরম্লে; অহং—ঐহাকসে; মহারাজ—হে ইনিংথৌ; হরিণা—শ্রীহরিনা; বন্ধুরূপিণা—চান্নবা মরূপকী মশক ওইবা মহাক্না; যেন—মহুনা; মে—ঐগী; অপহৃতম্—হুহুনা পুখ্রে; তেজঃ—তেজ; দেব—লাইয়াম; বিস্মাপনম্—ঙকহল্লবা; মহৎ—অচৌবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অর্জুন-না হায়রম্মী—হে মহারাজ, ঐগী চান্নরবা মরূপকী মশক ওইবিরম্বা পরমেশ্বর ভগবান্না ঐহাকপু হুন্দোকপীরম্লে। মতৌ অসুম্না লাইয়ামকাওবা ঙকহন্নবাই ওইবা ঐগী শক্তি তেজ অচৌবসু মাঙখরে।

নৈনরোল

শ্রীমদ্ভগবদগীতাদা ভগবান্না হায় (১০/৪১)—"কনাগুম্বনা থোইদোক হেন্দোকপা শক্তিগী মপু ওইরবা অহুগা লন্দা, পাঙন্দা, শক কজবদা, জান্দা অমসুং করিগুম্বা অপাম্বা প্রাকৃত ওইবা পোৎপুম্বদা থোইদোক হেন্দোক্না ঐশ্বর্য্য-চেন্নবা মহাক্তুবু ঐগী তেজগী অংশনা ওইবা অমনি হায়না খন্গদবনি।" মরমসিনা ভগবান্গী তেজদগী শরুক কংবা নৎত্রবদি কনামত্তনা মরম্নাই ওইনা শক্তিচেন্বা ঙমদে। ভগবান্না মহাকী নিত্যমুক্ত ওইবা পরিকরশিংগা লোয়ননা মর্ত্ত্যধামদা কুম্লকপা মতমদা মহাক মথক্তনা মাগী দিব্যশক্তিহু উৎপদা নত্তনা মাগী পরিকর ভক্তশিংহুবু মাগী লীলাদা তেঙবানবগীদমক শক্তি চেনহল্লী। ভগবদগীতানা অসিমসু হায় (৪/৫)—"ভগবান্গা মাগী নিত্য পরিকরশিংগনা পৃথিবীদা য়াম্না তোয়না লাকই অহুবু মহাক্তি মপোক ময়ামহু তোঙান-তোঙান্বা লীলাশিংহু নীঙশীংঙী অহুগা মাগী পরিকরশিংদি মাগী মায়ানা মখোয়গী মপোকশিংহু নীঙশীংঙদে।" মহাক্না লাকপা মতমদা পরিকরশিংবু লোয়ননরকপগুম্না মর্ত্ত্যলোক অসিদগী হনখিবা মতমদসু পরিকরশিংবু পুখি। অর্জুনদা হাপ্লম্বা তেজশিংহু ভগবান্গী থবক পাঙথোক্লবগীদমক্তনি, ভগবান্না থ্পপ্রবদা তেজশিংহু অর্জুন দগী লৌশন্খি মরমদি স্বর্গগী দেবতাশিং কাওবদা ঙক্লবাই ওইবা অর্জুনগী তেজ অহু ভগবান্গী সেবাদা চঙগদবা লৈত্রে, হায়রিবা তেজহু ভগবান্গী নাক্তা হুম্না চৎপগী কান্নবা পোৎ নৎতে। তেজ হাপ্না অমসুং লৌথোকপা হায়বসি অর্জুনগুম্বা মহান্ ভক্তগী মতাঙদকাওবা তৌয়বদা মখোয়হুগা মান্নদবা মীচমগী মতাঙদদি করি অমুক হায়গনি? মরমসিনা ঐখোয়না খঙজনগদবদি ভগবান্দগী হাইহুনা কংবা ঐখোয় ঐখোয়গী শক্তিগীদমক নাপল তৌকদে হায়বসিনি। জ্ঞান-তাবা মীনা ভগবান্না পীবিবা শক্তিগীদমক ভগবান্গী লম্মন তোল্লে হায়বা খঙজনগদবনি অহুগা মাগী তেজহু ভগবান্গী সেবাদা শীজন্নগদবনি। অসুম্না ভগবান্না পীবিবা তেজ-শক্তিহু লৌথোক্লীংবা মতমদা হেক্তা ভগবান্না লৌথোক-খিনি, মরমহুনা অসিগুম্বা তেজ অমসুং ঐশ্বর্য্যবু কজনা শীজন্নবা হায়বহু'দি মখোয়বু ভগবান্গী সেবাদা শীজন্নবা হায়বহুনা ওইগদবনি।

শ্লোক ৬

**যস্ত ক্ষণবিয়োগেন লোকো হ্যপ্রিয়দর্শনঃ।**
**উক্থেন রহিতো হ্যেষ মৃতকঃ প্রোচ্যতে যথা ॥৬॥**

শব্দার্থ

যস্ত—মহাক্কী; ক্ষণ—মীৎকূপ অমা; বিয়োগেন—কায়নবনা; লোকঃ—লোকনা; হি—লেপ্পমক; অপ্রিয়দর্শনঃ—য়েংনীংদবা; উক্থেন—থবাইনা; রহিতঃ—য়াওদ্রবা; হি—লেপ্পমক; এষঃ—অসি; মৃতকঃ—অশিবা হকচাং; প্রোচ্যতে—হায়; যথা—অদুগুম্না।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাক্কা মীৎকূপ অমতং কায়নবদা বিশ্বজগৎ পূম্নমকসিবু থবাই য়াওদ্রবা হকচাঙবু য়েংনীং-দবগুম্না য়েংবদা মুংঙাইতবা হায়বদি য়েংনীংদবা হায়বদু ওইরে।

নৈনরোল

অওইবমক হায়রগদি জীবগীদমক্তি ভগবানদগী হেন্না মুংশিবা কনামতা লৈতে। ভগবান্না স্বাংশ অমসুং বিভিন্নাংশ হায়না শক্লোন ময়ামসি লৌরিবনি। পরমাত্মানা ভগবান্গী স্বাংশ (মশামক্কী মশুং) অদুগা বিভিন্নাংশ হায়বা অংশিংনা জীব ময়ামসিনি। জীব য়াওদ্রবা হকচাঙদি করিমতা কায়দে। প্রাকৃত দেহদা জীবনা কায়বা শরুক অমা ওইবগুম্না পরমাত্মা য়াওদ্রগসু জীবগী ওইকম থোকপা ক্ষীঙ্গমদু ওইদে। মতৌ অদুগুম্না ব্রহ্ম নত্রগা পরমাত্মাগীসু পরমেশ্বর ভগবান্ কৃষ্ণ লৈত্রগদি কায়কম থওরে। বাক্যমসি ভগবদ্গীতাদা ফজনা বর্ণন তৌরি। মথোয় পুম্নসি অমগা অমগা মরী লৈনৈ; অদুনা অরোয়বদা ভগবান্ মাতনা পূমশূপ্পি অদুনা লৈরিবা পোৎ খুদিংগী থবাইনি।

শ্লোক ৭

**যৎসংশ্রয়াদ্ দ্রুপদগেহমুপাগতানাং রাজ্ঞাং স্বয়ংবরমুখে স্মরদুর্মদানাম্।**
**তেজো হৃতং খলু ময়াভিহতশ্চ মৎস্যঃ সজ্জীকৃতেন ধনুষাধিগতা চ কৃষ্ণা॥৭॥**

শব্দার্থ

যৎ—মহাক্কী থৌজাল্লা; সংশ্রয়াৎ—পাঙ্গলনা; দ্রুপদ গেহম্—দ্রুপদ নিংথৌগী কোনুংদা; উপাগতানাম্—তিল্লম্বা ময়াম; রাজ্ঞাম্—নিংথৌশিংগী; স্বয়ংবরমুখে—মুপী মশানা বর খনবা মতমদা; স্মরদুর্মদানাম্—মুপী পাম্বগী মৎ-কারবা; তেজঃ—পাঙ্গল; হৃতম্—মাঙব্রবা; খলু—মতৌগুম্না; ময়া—ঐনা; অভিহতঃ—পাম্দুনা চঙলবা; চ—সু; মৎস্যঃ—লক্ষ্য ঙা; সজ্জীকৃতেন—শেম-শারবা; ধনুষা—লীরুংতোল্লা; অধিগতা—ফংখি; চ—সু; কৃষ্ণা—দ্রৌপদী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাক্কী কৃপানা ফংখিবা পাঙ্গল্লা ঐহাক্না দ্রুপদ নিংথৌগী কোনুংদা মচানুপীগী স্বয়ংবরগীদমক তিল্লখিবা মুপী পাম্বগী ময়াইনা মৎ-কারবা নিংথৌমচাশিংবু মায়থীবা পীবা ঙমখি। ঐগী লীরুং-তোল্লা কাওরেং লেংবা ঙাগী-লক্ষ্য অদু কক্খি অদুগা দ্রৌপদীবু ফংখি ।

নৈনরোল

দ্রৌপদী দ্রুপদ নিংথৌগী খ্বাইদগী হেন্না ফজবী মচাবেম্মানি। মহাক্লা লৈশাবী নহামচা ওইরিবৈকো নিংথৌ অয়াম্বনা মহাকপু লুহোংনিংঙম্মী। অদুবু দ্রুপদ নিংথৌনা মচাইবেম্মাবু অর্জ্জুন-ত্তদা থাজগনি হায়না চপ লেপখি; মরমদুনা খ্বাইগী মতৌ নত্তবা পাম্বে অমা পুথোকখি। স্বয়ংবরগীশঙ মনুংদা য়ুমথক্তা ঙা অমা য়াম্বরম্মী অদুগা মদুবু চক্র অমনা ঙাক্লম্মী। লক্ষ্য ককপগী সৰ্ত অমা থনম্মী মদুদি—তিল্লরিবা নিংথৌ মচাশিংগী মরক্তা কনাগুম্বা অমনা লক্ষ্য-ভাগী মীৎ অদু ভৌবৈ চঙনবা চক্রগী মথুন কাওনা কাপকদবনি, অদুগা লক্ষ্যদু কক্লমদারদা লক্ষ্যদু য়েংথৎপা য়াদে। লৈপাক্তা ঈশীং-পুল অমা থম্মী, ঈশীংদুদা লক্ষ্যগা চক্রগা অনীগী মমি তারম্মী। থক্-থক্ নিকপা ঈশীংদুদা য়েংলগা লক্ষ্যদু পাম্নবা খুৎলাই ত্তমগদবনি। অর্জ্জুন নত্রগা কর্ণত্তনা লক্ষ্যদু ককপা ঙমগনি হায়বা দ্রুপদ মহারাজনা মুন্না খঙলম্মী অদুম ওইনমক মহাক্লা অর্জ্জুন-না মচা থাজনীংলম্মি। স্বয়ংবর সভাদা দ্রৌপদীগী মবুঙ ধৃষ্টদ্যুম্ননা নিংথৌশিংদুগী শক ঙাক্লম্বা মতমদা কর্ণদু লক্ষ্য কাপকদৌবগী য়াওররি। অর্জ্জুনগী লাম্বা কর্ণবু দ্রৌপদীনা হৈশিংনা থৈদোক্লবা তৌখি, অদুনা মহাক্লা ক্ষত্রিয় মচা নত্তনা অতৈ অমবু পামদে হায়না মবুঙদা হায়খি। বৈশ্য অমসুং শূদ্রশিংদি ক্ষত্রিয়দগী হন্থবা কাঙবুনি। কর্ণদি উগুবা শূদ্র অমগী মচানি মরমদুনা দ্রৌপদীনা কর্ণবু ক্ষত্রিয় নত্তে হায়না য়াখিদে। অর্জ্জুন-না ব্রাহ্মণগী ফিজেৎ শেৎলগা লক্ষ্য ককখিবা মতমদা মী খুদিংমক ঙি। মখোয়না থোয়দোক হেন্দোক্লা কর্ণনা অর্জ্জুনদা লাল তৌসি হায়না শীঙলকখি। লাল হৌরবদা ভগবাম্ শ্রীকৃষ্ণগী কৃপানা অর্জ্জুন লানঙম ফিরান থেৎলগা কৃষ্ণা হায়রদি দ্রৌপদীবু ফংখি। রাফমসি অর্জ্জুন-না ভগবাম্না থ্মগী মতাঙসিদা বিলাপ তৌরকপদা পল্লিবনি।

শ্লোক ৮

**যৎসন্নিধাবহমু খাণ্ডবমগ্নয়েঽদামিন্দ্রঞ্চ সামরগণং তরসা বিজিত্য।**
**লব্ধা সভা ময়কৃতাদ্ভুতশিল্পমায়া দিগ্ভ্যোঽহরন্ নৃপতয়ো বলিমধ্বরে তে ॥ ৮॥**

শব্দার্থ

যৎ—মহাকী; সন্নিধৌ—মনাক্তা লৈবনা; অহম—ঐহাক্না; উ—অঙকপা কোঙবগী খোম্লোক; খাণ্ডবম্—স্বর্গনিংথৌ ইন্দ্রগী উয়োক; অগ্নয়ে—মৈ কৌবা লাইদা; অদাম—কৎখিবা; ইন্দ্রম্—ইন্দ্রবু; স—লোয়ননা; অমরগণম্—লাইয়ামগা; তরসা—হৈশিংবগা লোয়ননা; বিজিত্য—জয় তৌদুনা; লব্ধা—ফংখি; সভা—শংজাও; ময়কৃতা—ময় হায়বদুনা শাবা; অদ্ভুত—অঙকপা; শিল্প—খুৎশাহৈবগী থবক, শিল্পম্, মায়া—শক্তি; দিগ্ভ্যঃ—মায় পুম্নমক্তগী; অহরন্—থোম্লম্মী; নৃপতয়ঃ—নিংথৌশিং; বলিম্—খুদোনপোৎ; অধ্বরে—পুরকখি; তে—মখোয়না।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাক্লা (শ্রীকৃষ্ণনা) ইনাক্তা লৈরম্বা মরম্না স্বর্গগী খুৎকন্-পাজম্বা নিংথৌ ইন্দ্রবু লাইয়ামগা লোয়ননা মায়থীবা পীরগা অগ্নিদেববু (মৈগী লাই) থাজন্দুনা খাণ্ডব-বন চাকথেকহনবা ঙম্মনি। মাগী কৃপাতনা মৈ চাক্লম্বা বন খাণ্ডব অদুদগী ময়দানবকী মথরাই কন্বিখি হায়দুনা অঙকপা শিল্প-কলাগী সভা-শঙ অমা মহাক্লা ঐখোয়গীদমক শাখি; সভাদুদা রাজসূয় যজ্ঞদা নিংথৌশিংনা তিল্লগা য়াম্নুংদা কাজৎ কৎখিবনি।

নৈনরোল

ময়দানব হায়র্বাস খাণ্ডব বন্দা লৈরম্লনি। বন অসিবু মৈদা থাদোকপা মতমদা ময়না মথবাই কন্‌বিয়ু হায়রদুনা অর্জ্জুন-দা হায়জখি। অর্জ্জুন-না ময়গী থবাই কন্‌বিখিবা মরম্না ময়দু অর্জ্জুনগী মকমদা লমন তোল্লে হায়না য়াজখি। ময়না পাণ্ডবশিংগীদমক অঙকপগী মশক ওইবা শঙজাও অমা (সভা) শাদুনা লমন্‌শিংখি; শঙজাও অদুবু রাজ্য পুম্নমক্কী নিংথৌশিংনা থাগৎখি। পাণ্ডবশিংগী লাইগুম্বা শক্তিদু উবদা করিমতা মল্লোম থমদবমখৈ নিংথৌশিংনা পাণ্ডবশিংগী মথা পোন্‌খি অমসুং নিংথৌরেল যুধিষ্ঠিরদা কাঙৎ কংখি। হিংচাবশিংগী মীনা তৌবা ওমদবা লাইগীগুম্বা শক্তি লৈরম্মী, মখোয়দি অঙক-অঙকপা পোৎ শারম্মী। অদুবু মখোয়দি সমাজ-ওৎপা কাণ্ডবুনি। হৌজিকালগী সমাজদা কাংথোং চাইহল্লবগী প্রাকৃত-ওইবা অঙকপা পোৎ পুথোক্লিবা মাঙ-তাক্নবগী মশক ওইবা প্রাকৃত বৈজ্ঞানিকশিং-সিনি। খুদম ওইনা হায়রগা, আণবিক বোমা গুম্বা খুৎলাই পুথোরকপসিনা মীওইবগী সমাজদা মথোঙ-মরম অমতা থঙহল্লে। ময় কৌবা অদুম্ন অসিগুম্বা ঘোরসংসারী অমনি, মাদু মথক্তা হায়রখিবা অঙক-অঙকপা পোৎতাশিংসি শাবা হৈ। অদুবু শ্রীকৃষ্ণনা মহাকপু হাৎনিঙখি। মহাকপু মৈনা অমসুং শ্রীকৃষ্ণগী চক্রনা কোয়তান্-তান্নরকপা মতাঙদা মহাক্না ভক্ত অর্জ্জুনগী মকমদা চঙখি, অর্জ্জুন্না মাবু ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী অশাউবা মৈদগী কন্‌বিখি। মরমসিনা ভগবান্দগী মনাই ভক্তশিংনা হেন্না ঙাকপিহৈ; অদুনা ভক্তিগী মায়কৈদদি ভক্তগী কৃপানা ভগবদকৃপাদগী গুণ-চাওবা হেন্নী। হিংচাবদুবু অর্জ্জুনগুম্বা ভক্ত অমনা আশ্রয় পীবিবদু উবদা মৈদু ভগবান্, অনীমক হিংচাবদুবু কোয়তান্-তান্নমদু তোকখি। হিংচাবসিনা অর্জ্জুনগী লমন তোল্লে হায়দুনা তৌবিমল থঙবা উৎননবগীদমক অর্জ্জুনগীদমক কৈনোমা তৌনীঙখি, অদুবু অর্জ্জুন্না মদুৎ-মনাই করিমতা লৌ হায়বা য়াখিদে। অদুমকপু মহাক্না ভক্তনাক্তা চঙজবদুদা পেল্লদুনা শ্রীকৃষ্ণনা যুধিষ্ঠির মহারাজগীদমক সভা তিন্নবা অঙকপা শঙজাউ অমা শাননবা ময়দা হায়রখি। য়ারীসিনা তাকপবু ভগবান্‌গী কৃপাদি ভক্তগী কৃপা ফংলবা মীভনা ফংঙী অদুগা ভগবান্‌গী কৃপানা ভক্তসেবা তৌবগী তাঙ্গা অমা ফংঙী। ভীমসেনগী গদাদু ময় দানবনা পীরম্বা খুদোন্-পোৎনি।

শ্লোক ৯

যত্তেজসা নৃপশিরোঽঙ্ঘ্রিমহন্মখার্থমার্য্যোঽনুজস্তব গজাযুতসত্ত্ববীর্য্য।
তেনাহৃতাঃ প্রমথনাথমখায় ভূপা যন্মোচিতাস্তদনয়ন্ বলিমধ্বরে তে ॥ ৯ ॥

শব্দার্থ

যৎ—মহাক্কী; তেজসা—মতীক মঙাল্না; নৃপশিরঃ অঙ্ঘ্রিং—নিংথৌশিংগী মকোক ওইরিবশিংনা মথোঙ সেবা তৌরিবা অদুগুম্বা মহাক্; অহন্—হাৎখি; মখ-অর্থম্—যজ্ঞগীদমক; আর্য্যঃ—ইকাই খুম্নবগী মশক-ওইবা; অনুজঃ—মনাওনুপা; তব—নহাক্কী; গজ-অযুত—শামু লীশীং তরা; সত্ত্ব বীর্য্য—থৌনাগী ওইবা; তেনা—মহাক্না; আহৃতাঃ—খোম্নকৃখিবা; প্রমথ-নাথ—ভূতশিংগী মবুংঙো (মহাভৈরব); মখায়—যজ্ঞগীদমক; ভূপাঃ—নিংথৌশিং; যৎ-মোচিতাঃ—মহাক্না মখোয়বু অরাবদগী কোকপিখিবা; তৎ-অনয়ন্—মখোয় পুম্নবু পুরকখি; বলিম্—কাজৎ; অধ্বরে—কংখি; তে—নহাক্কী।

## মৈত্তৈলোন্দা হন্দোকপা

নিংথৌ ময়াম্মা খোঙ-সেবা তৌরম্বা জরাসন্ধবু শামু-লীশীঙ তরাগী মপাঙ্গলগা মাল্লবা ইকাই-খুম্নবাই-ওইবা ননাওবুংঙোনা শ্রীকৃষ্ণগী কৃপাদগী হাংখি । হায়রিবা নিংথৌ ময়ামসি জরাসন্ধগী মহাভৈরব-যজ্ঞগীদমক খোমদ্রুনা পুরকখিবনি । মখোয়বু জরাসন্ধগী মখুত্তগী নাম্বোহন্খি । মখোয়না মতুংদা মহারাজদা কাজৎ কৎখি ।

### নৈনরোল

জরাসন্ধ মগধগী খুৎকন্-পাঙ্গন্বা নিংথৌনি। মহাক পোকপগী অমসুং মহাক্না তৌরম্বা থবক্কী বারীসু মুংঙাইবা রারীনি। জরাসন্ধবু পোকপা বৃহদ্রথ নিংথৌদুসু মগধগী য়াম্না চাউথংলম্বা মতীক ময়াই-কন্বা নিংথৌনি। অদুবু কাশীরাজগী মচাবেম্মা অনীবু লুহোং-লুহোংনা মচাম্নুপা অমতা পোক্লমদে। মহারাণী অনীমক মচাম্নুপা অমতা পোক্তবদুদা নীঙবা কায়রবা নিংথৌনা লৈম অনীদুগা লোয়ননা তপ তৌদুনা লেম্লুনবা বন তম্না লেঙখি। অদুবু তপোবন মনুঙদা ঋষি অমনা মচাম্নুপা অমা কংজৌ হায়দুনা বর পীখি অদুগা রাণী অনীদা পীজৌ হায়দুনা হৈনৌ অমা ঋষিনা পীরকখি। রাণী অনীনা হৈনৌদু চাবদগী থু-মক গর্ভ পুরে। রাণীশিংনা গর্ভপুবদু উবদা নিংথৌদু য়াম্না হরাওখি। মতম ওইরবদা রাণী অনীনা অঙাং অমগী তংখাই তংখাই পোক্লে। তংখাই তংখাই ওইবা হকচাঙদু উমংদা হন্দোকখ্রে। উমংদা হিংচাবী শাজাওবী অমা লৈরম্মী। মহাক্না অঙাংগী তনৌ তনৌবা হকচাঙগী শত্তমগা ঈগদু হাওনা চারগনি খন্দুনা খুনগৎলম্মী। অদুদগী মহাক্না হকচাং তংখাই অনীদু শম্মশল্লম্মী, মহাক্না শমজল্লবদা য়াবদা নত্তনা অঙাংদু অমুক হিংগৎলক্লে। হিংচাবীদুগী মমিং জরা কৌই; মহাক্না মচা লৈজদবা নিংথৌবু মুংশিরদুনা নিংথৌগী নাক্তা চৎলগা ফজরবা অঙাংদু কৎখি। নিংথৌনা পেল্লদুনা জরাদা মহাক্না পাম্বা করিনো অমা পীগে হায়খি। জরানা মাগী মিংলৌদুনা অঙাংদুগী মমিং খোনবীয়ু হায়না নিংথৌদা হজংখি, মরমদুনা অঙাংদুগী মিং জরাসন্ধ (জরানা শম্জন্বা)-হায়না খোনখি। তশেংবমক্তি জরাসন্ধদু হিংচাবা বিপ্রচিত্তিগী ৺ংশ অমনি। রাণী অনীদুদা অঙাং পোক্লবগী বর পীখিবা ঋষিদুগী মিংদি চন্দ্রকৌশিক কৌই; মহাক্না নিংথৌদা অঙাংদুগী মরমদা ভবিষ্যৎ-বাণী তৌখি।

পোকপদগী হিংচাবগী মতৌ চেল্লকপা মরম্না মহাক ভগবান্ শিবগী ভক্ত অচৌবা ওইখি। শিবদি ভূতপ্রেত অমসুং হিংচাবাশিংগী মবুংঙৌনি। রাবণ শিবগী অচৌবা ভক্ত অমনি, অদুম্না জরাসন্ধ নিংথৌসু ওইরম্মী। মহাক্না ফারম্বা অপীকপা নিংথৌমখৈ ভগবান্ মহাভৈরবগী (শিবগী) মফমদা বলি কৎখি; মাগী লান্দা থৌবা শক্তিনা নিংথৌ অপীকপা কয়া কয়াবু মায়থীবা পীরগা মহাভৈরবগী মাঙদা হাংখি। মমাঙতৈদা মগধ হায়না খঙনরম্বা বিহার প্রদেশদা ভগবান মহাভৈরব হায়বদি কালভৈ বকী ভক্ত য়াম্না লৈংম্মী। জরাসন্ধ কৃষ্ণগী মামা কংসগী মন্নী থোক্লবা মী অমনি, মরমদুনা কংসনা শিরবা মতুংদা জরাসন্ধ নিংথৌ কৃষ্ণগী য়েক্লবা অচৌবা অমা ওইখি; কৃষ্ণগা জরাসন্ধগা লান ভোয়না থেংনখি। জরাসন্ধবু ভগবান্ কৃষ্ণনা হাংনৌংখি, অদুম্নদি ওইরগা জরাসন্ধগী-দমক লান্ পাংগে থোরকপা মীশিংবু হাংনীংলমদে। অদুনা মাবুদা হাংনবা থৌওং মখল অমা শীল্লম্মী। কৃষ্ণনা ভীম অর্জুনগা লোয়ননা ব্রাহ্মণগী বেষ থোল্লগা জরাসন্ধগী নাক তাম্না চৎলগা জরাসন্ধদগী দান অমা নিখি। জরাসন্ধদি ব্রাহ্মণা নিবা দান থক পীদবা লৈরমদে; মহাক যজ্ঞসু য়াম্না তৌরম্মী, অদুবু ভক্তিগী মতাঙদদি মহাক পাল্লমদে। কৃষ্ণগা ভীম অর্জুনগনা লাল তৌনসি

হায়না দান নিখি অদুগা লাল শেংলবা অমবন্ধ ভীমনা শোরুবা হায়না বায়েম্মখি। মখোয় জরাসন্ধগী লাম্বেংনবা অতিথি ওইনা লৈরে। মুমীৎ কয়ানীরোম চুপ্না ভীমগা জরাসন্ধগা লাম্বেংনখি। অদুবু ভীমনা জরাসন্ধবু হাৎপা ওমমদবদগী নীংখা কায়খি। মমৈদা কৃষ্ণনা জরাসন্ধনা অঙাং ওইবা মতমদা হকচাং তংখাই অনী তাইশন্নখিবগী বারী শাখি। অদুগা অনীথোক্না থাগদোক্নবা পাউজাকখি। মদুদগীদি ভীমনা জরাসন্ধগী মশাদু শেগায়রগা হাৎখি। মতাইঙনবকী মফমদা বন্দি কৎনবা কারগা থনম্বা নিংথৌশিংবু ভীমনা থাদোকপীরম্মী। নিংথৌশিংদুনা পাণ্ডবশিংগী লমন তোল্লে হায়দুনা যুধিষ্ঠির মহারাজগী মফমদা কাজৎ কৎখি।

শ্লোক ১০

পত্ন্যাস্তবাধিমখক্লৃপ্তমহাভিষেকশ্লাঘিষ্ঠচারুকবরং কিতবৈঃ সভায়াম্।
স্পৃষ্টং বিকীর্য্য পদয়োঃ পতিতাশ্রুমুখ্যা যস্তৎস্ত্রিয়োঽকৃতহতেশবিমুক্তকেশাঃ ॥ ১০ ॥

শব্দার্থ

পত্ন্যাঃ—তালোইগী; তব—নহাক্কী; অধিমখা - যজ্ঞ পৌথিঙৈগী মতমদা; ক্লৃপ্ত—শেংলম্বা; মহাভিষেক—অভিষেক তৌদুনা শেংদোক্লবা; শ্লাঘিষ্ঠ—অদুম্না থাগৎলব; চারু—ফজবা; কবরম্—শম্নাং; কিতবৈঃ—ফত্তবা মীশিংনা; সভায়াম্—সভাময়ায়দা; স্পৃষ্টম্—পায়খিবা; বিকীর্য্য—ইচাই-চাইহল্লগা; পদয়োঃ—খোঙদা; পতিত-অশ্রু-মুখ্যাঃ—মীঙ্খা পিরাং চেন্দুনা তুথখিবা; যঃ—মহাক (ভগবান্; তৎ—মখোয়গী; স্ত্রিয়ঃ—তালোইশিং; অকৃত—ওইখি; হত-ইশ—মপুরোইবা-লৈতবা; বিমুক্ত-কেশাঃ—শম্-না চোইবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নহাক্কী মহারাণীগী নিংথিজনা লোয়াম্বা অমত্তুং রাজসূয় যজ্ঞগীদমক শেংলদোক্লবা শমগী বেণী হীনবদশিংনা শোকহনখিবদুগীদমক মীকত্তবশিংগী মুপীশিংগী মথম-মনাদ্ শ্রীভগবান্না চাইহনখি। অদুদুনা মখোয়গী মহারাণীনা পিরাং শিথ-শিথদুনা শ্রীকৃষ্ণগী চরণখাদা তুমখি।

তাৎপর্য

মহারাণী দ্রৌপদীগী শম্নাং ফজবদু রাজসূয় যজ্ঞদা শেংদোকখি। মহাকপু পোক্পা থারুবদগী মাগুলবদা দুঃশাসন হায়বদুনা দ্রৌপদীবু ইকায়বা পীগে হায়দুনা মহাক্কী ফজরবা শম্নাং কোৎখি। মতমদুদা দ্রৌপদীনা পিরাং-পিরোয়ননা শ্রীকৃষ্ণগী খুয়া-থবান্দা তুমখি। মহাক্না দুঃশাসনচিংবা দলগী অহোংবা-পুরমকী শম্নাংদু কুরুক্ষেত্র যাদুগী ফল ওইনা, চোইদুনগে হায়না শ্রীকৃষ্ণনা লেপখ্রি। মতৌ অদুম তৌবনা কুরুক্ষেত্র-কালদা ধৃতরাষ্ট্রগী মচা-মপু পুম্নমক শিবদা মতমদা কৌরব শাগেগী মুপী মৌ পুম্নমক লুখ্রা ওইদুনা মশম মনা ইথা-কান্নখি। অমদুনোমদা হায়রগা, ভগবানগী ভক্ত অমবু অপমান তৌরবগী কৌরব শাগেগী মৌ পুম্নমক লুখ্রা শীঙদা চনখি। কনাগুম্বা মীকত্তবা অমনা ভগবান মশামক্তা ঔরকপা ইকাইবদি থাগুনী মরমদি, মপানা মচাদগী কংবা ঈক-ইনদু থাগনী। অদুবু ভগবানগী ভক্তদা তৌবা অপমানবুদি ভগবাননা থাগবা ওমদে। মহাত্মা অমবু অপমান তৌবা মীদি মানা তৌরকপা পুম্নগী কন পুখা মাঙগী।

শ্লোক ১১

যো নো জুগোপ বন এত্য দুরন্তকৃচ্ছ্রাদ্ দুর্বাসসোঽরিরচিতাদযুতাগ্রভুগ্ যঃ।
শাকান্নশিষ্টমুপযুজ্য যতস্ত্রিলোকীং তৃপ্তামমংস্ত সলিলে বিনিমগ্নসঙ্ঘঃ ॥ ১১ ॥

## শব্দার্থ

যঃ—মহাক; নঃ—ঐখোয়বু; জুগোপ—কন্‌বিখি; বনে—ঔমংদা; এত্য—চৎলুবা; দুরন্ত—ওাকথোকপদা বাগদবা; কৃচ্ছ্রাৎ—খুদোংথীবদগী; দুর্ব্বাসসঃ—দুর্ব্বাস মুনিগী; অরি—য়েকথা; রচিতাৎ—থোকহনবা; অযুত—লীশীং তরা; অগ্রভুক্—হান্না চাবা মী; যঃ—মহাক, শাক-অন্ন-শিষ্টম্—চাক য়েনসাং অরেম্বা; উপযুজ্য—লৌরগা; যতঃ—মরমহুনা; ত্রিলোকীম্—মরোল অহুম; তৃপ্তাম্—পেনবা; অমংস্ত—পুক্‌নিংদা থল্লমী; সলিলে—ঈশীংদা; বিনিমগ্ন-সঙ্ঘঃ—লোইনমক ঈশীংদা দুপখি।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ঐখোয়না মন মনুঙদা লৈরিঙৈদা শিষ্য অযুতকা লোয়ননা চানিংবা দুর্ব্বাসা মুনিনা ঐখোয়বু ওাকথোকপদা বাগদবা অবাবদা থাহনবা ঐখোয়গী য়েক্কবগ। লৌতুনখি। মহাক্না (শ্রীকৃষ্ণনা) অরেম্বা মথাক মচেৎ তুমতং হাবগা ঐখোয়বু কন্‌বিখি। মহাক্না মতৌ অদুম হাবকা মুনি পুম্নমক্না তুরেন্দা স্নান তৌনা তৌনা মরুক থনখি। অদুদগী হেন্দোকুনা মরোল অহুমক পেনখি।

### নৈনরোল

দুর্ব্বাসাঃ—ধর্ম-ভক্ত অমদি তপ কম্না তৌবা মতীকমন্নাই-চেন্‌বা যোগী অমনি। মাগী মিংথু ঐতিহাসিক থোৗলোক কয়াদা তোয়না থেংনৈ। ভগবান্ শিবগুম্বা দুর্ব্বাসা মুনিসে থুনা পেন্‌খি অমসুং খজিকদা থুরেমথে শাওগনী। মহাক্না পোন্‌বিবা মতমদা মতোন্দা চঙজকা মীদা অওক-ফংনা অফবা তৌবি অমুক্তা শাওদোক্কপা মতমদনা শাথীনা খুদোংথীহন্নী। কুমারী কুন্তীনা মপান্দা লৈরিঙৈদা গুণচেন্‌বা ব্রাহ্মণশিংগী পোত্তবা সেবা তৌখি। মতমতুদা দুর্ব্বাসানা পেন্নহুনা কুন্তী দেবীদা মাপা কৌনীংবা দেবতা কৌবা ঙম্না বর অমা পীবিখি। দুর্ব্বাসা মুনিদু ভগবান্ শিবগী অবতারনি হায়নরম্মী, মরমদুনা মহাক ঙাওলন্নু থুই শাওবন্নু থুই। মহাক ভগবান্ শিবগী অচৌবা ভক্ত অমনি। শ্বেতকেতু নিংথৌ চহী চামা চুপ্পা যজ্ঞ তৌবদা ভগবান্ শিবনা পীবা য়াথং মতুং ইন্না দুর্ব্বাসানা শ্বেতকেতুগী পুরোহিত ওইখি। করি করিগুম্বা মতমদা মহাক ইন্দ্রদেবগী রাজসভাদা চংলম্মী। মহাক প্রাকৃত আকাশ লাম্বোক্তুনা বৈকুণ্ঠ আকাশ কাক্লনা কোয়চৎ চৎপা ঙম্মী। হায়রিবা অথাক্তা লমদমশিংসি পৃথিবী-পতি রাজর্ষি অম্বরীষগা থংনবা মতমদা মহাক্না চহী অমা চুপ্পা কোয়রি।

মহাকী শিষ্য লীশীং তারানি মহাক্না মকম অমদা লেপ্তবা মতমদা অমদি নিংথৌ চাওরবশিংগী অতিথি ওইরক্লবা মতমদা মাগী শিষ্যশিং অমাদা পুরগা চংলী। মহাক নোংমা যুধিষ্ঠিরগী য়েকলবা মনাও দুর্যোধনগী য়ুমদা থুংলখি। ব্রাহ্মণদুবু পেনহনবা দুর্যোধন ওয়মথে হোৎনখি অদুগা মহার্ষিদুনা দুর্যোধনদা অপাম্বা বর অমা পীগে হায়রম্মী। মাগী যৌগিক শক্তিদু দুর্যোধন থংলম্মী, অদুগা যোগীসিনা শাওহনবা মতমদদি মাঙ-তাক্নবা করি তৌগন্‌বগে হায়বদুদু দুর্যোধন য়ুম্না থওতাই মরমদুনা মাগী মচীনবাও পাণ্ডবশিংগী মফম্‌তা মুনিনা শাওহনবা থৌয়াংগে থনখি। খাদিমা বর পীগে হায়রবদুদা দুর্যোধননা হায়রম্মী—"মহর্ষি, মহারাজ যুধিষ্ঠিরগীদা লেঙলগা অতিথি সেবা তৌহনবিয়। অদুগা তৌবদদি যুধিষ্ঠির মহারাজনা দ্রৌপদীগা লোয়নমন্না প্রসাদ ফংলবা মতুংদা লেঙবিয়ু।" দ্রৌপদীনা চাক চাবা মতুংদা থুংলুরগদি যুধিষ্ঠির মহারাজনা মী অতুক য়াম্বদো পীজ-পীথকপা ঙম্মোই হায়বা অদুগা ওাদবগীদমক যুধিষ্ঠিরগী মাঙ-তাক্নবা কৈনোমা দুর্ব্বাসানা তৌবা শোয়রোয় হায়বদু দুর্যোধন মহারাজনা চপ চানা থওলম্মী। অসুম্না দুর্যোধন থৌরাংথি দুর্ব্বাসাদু য়াবিখি অদুনা মহাক্না মহারাজ যুধিষ্ঠির লৈবা বন তাম্না লৌখি, দ্রৌপদীদি দুর্যোধনগী থৌরাং মতুং ইন্না নিংথৌগা দ্রৌপদীদা অতীক্না প্রসাদ ফংলবা মতুংদা যুধিষ্ঠির লৌরম্মী।

মহারাজ যুধিষ্ঠিরগী মফম য়োরবদা যুধিষ্ঠিরনা মুনিবু তরাম তরাম ওক্লখি অদুগা মধ্যাহ্ন পূজা লোইথোক্লবা তুরেন্দা মুনিবু শিষ্যশিংগা লোয়ননা থাখি অদুগা মরকতুদা চাক-থোংবা লোইশল্লমগে হায়রখি। দুর্ব্বাসা মুনিসু শিষ্য ময়ামদুগা লোয়ননা তুরেন্দা স্নান তৌবা কুমখি। যুধিষ্ঠির মহারাজ অতিথি ময়ামগী সেবা করম তৌগদগে হায়বা চিন্তা তৌখি। দ্রৌপদীনা চাক্রিবমথৈদি লাকলিবা মী মথৈবু পীজবা ঙম্মী, অদুবু দুর্য্যোধনগী থৌরাং মতুং ইন্না ঋষিনা থুংলম্বদু দ্রৌপদীনা চাক্তোক্লবা মতুংদা থুংখি।

ভক্তশিংনা অৱাবদা তারবা মতমদা মথোয়না ভগবান্বু পুক্নীং পুঙচঙ চঙনা নীঙশীংবগী থুদোং-চাবদু ফংঙী। মরমদুনা দ্রৌপদীসু থুদোংথীবা তারবা মতমদা ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণবু থন্দুনা লৈরম্মী; মফম শীঙ্দুংনা লৈবা ভগবান্না থুদক্তা মাগী ভক্তশিংগী অৱাবা মতৌদু থঙবা ঙম্মী। মরমদুনা মহাক্না অৱাবা-তাকমদুদা লেঙলক্লগা করি লৈবগে থিত্তা চাগে হায়দুনা দ্রৌপদীদা তাকপিখি। ভগবান্না অদুন্না নিরক্লবদা দ্রৌপদী বাবগী থম থেংখি মরমদি পরমেশ্বর ভগবান্না চানবা করি লৈগে হায়না নিরকপদা মাগী করিসু পিজনবা লৈরমদে। মহাক্না সূর্য্যদেবদগী ফংবা অঙকপা পুখমদু মহাক্না চাক চাক্রিবগী মমাঙদদি পীয়ু হায়রবমথৈ পী। অদুবু মদুগী সুমীত্তদি মহাক চাবা লোইরম্লে, মতৌ অদুদদি মথোয় অৱাবদা তারম্লে। মাগী অৱাবদু ফোঙদোক্লগা ভগবান্গী মাঙদা কপ্লম্মী। মরমদি মসিগুম্বা থুদোংথীবা মতমদা কপ্পদনা সুপী ওইবগী হৌনশানি। অদুম ওইনমক ভগবান্না চফু-উয়ানশিংদুদা করি পক্লিবগে হায়রবদু য়েংননবা পুথোরকউ হায়না দ্রৌপদীদা তাকপীখি, অদুদগী দ্রৌপদীনা চফু-উয়ান পুথোরক্লবদা উয়ান্দা পক্লুনা লৈরম্বা শাকমনা খরা ভগবান্না থেংনখি। ভগবান্না উয়ান্দা পক্লম্বা শাক্ অদু কোক লোরগা হাখি। মদুম তৌরগা দুর্ব্বাসানচিংবা অতিথিশিংদু কৌশল্লুরো হায়না ভগবান্না দ্রৌপদীদা তাক্পিখি।

অতিথিশিংদুবু তুরেন্দগী কৌখৎলুনবা ভীমসেনবু থাখি। ভীমনা হায়রম্মী, "মুনি পূম্নমক, করিগীনো থীহ্নরিবা ? লেংলক্লো, চাক লোইরে।" অদুবু শ্রীকৃষ্ণনা য়েন্শাং থজিত্তং হাথিবদুনা মুনিশিংদুগী মবুক তুরেন্দা ইক্লজরিঙৈদো অদুম থন্ত্রে। মথোয়না খন্খি—যুধিষ্ঠির মহারাজ শেন চঙনা হাওর-হাওরবা মথেল কয়া থোংহল্লম্লগনি। অদুবু মথোয়দি অরাম-থৌরাংলমজ্রে অদুনা করিমত্তা চাবা ঙম্রোই, মদুদা নিংথৌনা মথবাই নুংঙাইরোয়। অদুনদি চাবা চঙ্শ্দবনা ফরে, অদুগী মতুংতা মথোয় মফমদুদগী হুপ্লগে খন্খি।

শ্রীকৃষ্ণ ভগবান্দি যোগীবরনি হায়বদু থৌদোকতুনা প্রমাণ তৌরি। মহাকপু যোগেশ্বর হায়না খঙলৈ। থৌদোকসিনা তাক্পা পাউতাক অমনা অসিনি মদুদি—গৃহী থুদিংমক্না চাগদবা পোং অদু ভগবান্দা কংকদবনি, মদুগী ফল ওইনা অতিথি লীপীঙ লীপীঙনা থুজিং ওইবা কোজায় অমা পেন্গনি মরমদি ভগবান্না পেল্লবনিনা। মসিনি ভক্তিসেবাগী মওংদি।

শ্লোক ১২

যত্তেজসাথ ভগবান্ যুধি শূলপাণির্বিস্মাপিতঃ সগিরিশোঽস্ত্রমদাদরিন্দং মে।
অন্যেহপি চাহমমুনৈব কলেবরেণ প্রাপ্তো মহেন্দ্রভবনে মহদাসনার্দ্ধম্ ॥ ১২ ॥

### শব্দার্থ

যৎ—মহাক্না; তেজসা —তেজনা (মতীকমঙাক্না); অথ—মতম অমদা; ভগবান্—শিব; যুধি —লান্দা; শূলপাণিঃ—ত্রিশূল-পায়বা মী; বিস্মাপি তঃ —ঙকহন্‌খিবা; সগিরিজঃ —হিমালয়গী মচাবেমাগা লোয়ননা; অস্ত্রম্—খুৎলাই; অদাৎ—পীবিখি; নিজম্—মশামকী; মে—ঐঙোন্দা; অন্যে অপি—অতৈস্পু; চ—অমস্তুং; অহম্—ইশামক; অমুনা—মসিনা; এব—লেপ্পমক; কলেবরেণ—হকচাঙনা; প্রাপ্তঃ—ফংখি; মহা-ইন্দ্রভবনে —ইন্দ্রদেবগী ময়ুমদা; মহৎ—অচৌবা; আসন-অর্দ্ধম্—তংখাইমা-ব্রাংবা আসন ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাক্নী তেজনা ঐনা লান্দা মহাদেব শিব অমস্তুং মাগী তালোই হিমালায়গী মচাবেম্মাবু ঙকহন্‌বা ঙমখি । মহুদা (শিবনা) পেন্‌বিরহুনা মশামকী খুৎলাইহু ঐঙোন্দা পীবিখি। দেবতা অতৈস্পু মখোয় মখোয়গী মরম্নাই খুৎলাইহু ঐঙোন্দা পীবিখ । মহুদা নত্তনা ঐগী হৌজিকী দেহসিদা বৈকুণ্ঠলোক পুম্নমক য়োক্লবা ঙমখি অহুগা তংখাইমা-ব্রাংখৎপা আসন ফম্বা ফংখি ।

### নৈনরোল

পরমেশ্বর ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী কৃপাদগী শিব মহাদেবনচিংবা লাইয়াম্না কনাগুম্বা অমবু চান্‌বিরবস্পু মাবু শ্রীকৃষ্ণনা চান্‌বিদবা য়াই । রাবণ ভগবান্ শিবগী ভক্ত অচৌবা অমনি, অহুবু পরমেশ্বর ভগবান্ রামচন্দ্র অশাউবদগী বারণবু কন্‌বা ঙমখিদে । পুরাণ-ইতিহাস ময়ামদা অসি-গুম্বা খুদম য়াম্না ফংঙী । অহুগা মফমসিদদি শিব মহাদেবনা অর্জ্জুনগা লাম্হৌংনয়বা ফাওবদা অর্জ্জুনবু অহুম পেন্‌বিবগী খুদম ফংঙী । পরমেশ্বর ভগবান্‌গী ভক্তশিংদি দেবতাশিংবু মান করম্না তৌগদগে খংঙী, অহুগা দেবতাশিংগী ভক্তশিংদি করিগুম্বা মতমদা পঙবদগী পরমেশ্বর ভগবান্না দেবতাশিংদগী হেন্না চাউই হায়বা ব্রাহু খঙদে । অসুম্না থন্‌বনা অপরাধী (লঙজবা) হায়বহু ওইহুনা মমৈদা রাবণ অমদি মাগুম্বা অতৈগী দশা ফংঙী । অর্জ্জুন্না ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগা লোয়ননা মরূপ ওইনা চৎখিবা ব্যবহার মতাগী খুদম উংখিবশিংহুনা ময়ামপুম্বদা পারা অমা তম্বী মহুদি—ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণবু পেলুহন্‌বা ঙমবদি অনীঙবা পুম্নমক থুংঙী, অমস্তুং অহুগুম্বা অনীঙবা থুংবদো নিত্য নত্তে, কনাগী মতৌগুম্না হায়রগা দেবতা মখোয়না নিত্য ওইদবগুম্না । অহুগা দেবতাশিংবু লাৎপা ভক্তশিংদি নীঙবা মচেৎ-মকাই থুংঙী।

নৈনরিবা শ্লোকসিনা তাক্লিবা বাকম অমনা—শ্রীকৃষ্ণগী কৃপাদগী অর্জ্জুন্না মাগী মীওইবগী দেহ অসি পুহুনা স্বর্গলোক য়োক্লবা ঙম্মী অমস্তুং মফমহুদা মহাকপু ইন্দ্রগা লোয়ননা তংখাইমা-ব্রাংখৎপা আসন মথক্তা ফমহন্নগা সম্মান তৌখি—হায়বসিনি। শাস্ত্রনা সকাম কর্ম্মগী বারোল হায়রিবা মতুং ইন্না পুণ্য কর্ম্ম তৌরগা কনাগুম্বনা স্বর্গলোক-তা লৈক্লবা ফংঙী। অহুবু ভগবদগীতানা হায়রি (৯।২১) মহুদি—পুণ্য কর্ম্মশিংগী ফল চাবা লোইরগা মহাক অহু অমুক মর্ত্ত্যদা হন্নকরি। চন্দ্রসু গ্রহলোকশিংগী মরক্তা অমনি; পুণ্যকর্ম্ম হায়বদি যাগযজ্ঞ, দানকর্ম্ম, অহুগা অকন্‌বা তপ-নচিংবা তৌবা মীতাদবু শিরবা মতুংদা অবাংবা লোক ময়ামসিদা চঙবা য়াই। অর্জ্জুনদি হিংলিঙৈগী হকচাঙহু পুহুনা কৃষ্ণগী কৃপাদগী স্বর্গলোক য়োহল্লমনি, কৃষ্ণ কৃপা নত্তনদি স্বর্গ চঙলুবহু ওইথোকপা য়াবা নত্তে। হৌজিক্কালগী বৈজ্ঞানিকশিংনা গ্রহলোকশিংদা চঙনবা হোৎনরিবসি ওইবা য়ারোই মরমদি হায়রিবা বৈজ্ঞানিকশিংহু অর্জ্জুনগা মান্নবা মীতা অমতা নত্তে। মখোয়দি যজ্ঞ-দান-তপ তৌদবা অচম্বা মীতা ওাক্তনি। প্রাকৃত দেহদি সত্ত্ব-রজঃ-তমঃ কৌবা প্রাকৃত গুণ অহুমগী মখা

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাক্তনা (শ্রীকৃষ্ণতনা) মী খুদিংমক্কী পুন্সি (আয়ু) চিংথোক্লম্মী; ভীষ্ম, কর্ণ, দ্রোণ, শল্য-নচিংবা কৌরবকী চাউরবা তেঙ্গোল ময়ামদগী ঈচংথোবা মথোনা পুম্বা চিংথোকখিবহৃ মহাক্লি। মথোয়গী থৌরাংহৃ অহৈবনা তৌবগুম চপচানা তৌবনি, অহৃবু মহাক্না (শ্রীকৃষ্ণনা) মমাঙদা হাইক্ষেং হাইক্ষেং য়েংহৃনা লেঙবতদা মহৃ পুম্নমক তৌখিবনি ।

### নৈনরোল

পরমেশ্বর ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনা মীপুম খুদিংগী থম্মোইহুংদা পরমাত্মা ওইনা চঙউী, অহৃনা মরম ওইহৃনা মীওইবগী নীঙশীংবা, কাউবা, খঙবা খঙদবনচিংবা পুক্নীংগী থবক পুম্নমক মহাক্না (কৃষ্ণনা) ওইহন্বা ঙাক্লি (ভগবদ্গীতা ১৫।১৫)। পরমেশ্বর ভগবান্ ওইবনিনা মহাক্না জীব অমগী পুন্সিবু শাংহন্গে নত্রগা তেনহনগে হায়বা ঙম্মী। মতৌ অসুম্না কুরুক্ষেত্রগী লাল্, কৃষ্ণগী খুত্তীন্ মতুং ইন্না থোকপনি। মহাক্না যুধিষ্ঠিরবু পৃথিবীগী নিংথৌ ওইহন্নীংখি, মসি থোকপা য়াননবা মাগী সর্ব্বশক্তিমান্ ওইবগী ইচ্ছানা য়েক্নবা মায়কৈগী মী পুম্নমকপু মানা হাৎতোকপীখি। কৌরবকী মায়কৈহৃ ভীষ্ম, দ্রোণ অমদি শল্যনচিংবা সেনাপতিশিংনা লালগী থৌরাং চপচানা শীন্নগা মপাঙ্গল কন্থৎহল্লম্মী। ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনা লান্ শীন্দা মতেং পাংলমত্রবদি অর্জ্জুননা লাল ঙম্বা হায়বহৃ ওইথোক্তে। লান্‌শীল থৌরাং অসিগুম্বসি রাজনীতিবিৎ খুদিংনা হৌজিকসু শীল্লিবনি, অহৃবু হৌজিক্কালগী গুপ্তচর লান্‌চঙ-লাল্-ওং অমদি কূটনীতিগী থৌরাং পুম্বা প্রাকৃত ওইবা থোদৌ ঙাক্তনি। অহৃগা অর্জ্জুননা ভগবান্‌গী হুংশিরবা ভক্ত অমা ওইবা মরম্না ভগবান্তনা লোইনা তৌবিরম্মী, অর্জ্জুননা করিমতা মরম্লাই খল্লুবা লৈরমদে।

### শ্লোক ১৬

**যদ্দোঃষু মা প্রণিহিতং গুরুভীষ্মকর্ণ-নপ্তৃ-ত্রিগর্ত-শল্য-সৈন্ধববাহ্লিকাদ্যৈঃ।**
**অস্ত্রাণ্যমোঘমহিমানি নিরূপিতানি নোপস্পৃশুর্নৃহরিদাসমিবাসুরাণি॥ ১৬॥**

### শব্দার্থ

যৎ—মহাকী; দোঃষু—পাম্বোম্না; মা প্রণিহিতম্—ঙাকশেনবীখিবা ঐবু; গুরু—দ্রোণাচার্য্য; ভীষ্ম—ভীষ্ম; কর্ণ—কর্ণ; নপ্তৃ—ভূরিশ্রবা; ত্রিগর্ত—সুশর্ম্ম নিংথৌ; শল্য—শল্য; সৈন্ধব—সিন্ধুদেশগী নিংথৌ জয়দ্রথ; বাহ্লিক—শান্তনু মহারাজগী (ভীষ্মগী মপাগী) মনাওনুপা; অদ্যৈঃ—নচিংবা; অস্ত্রাণি—খুৎলাইশিং; অমোঘ—অরেম্বদা মাঙত্রবা; মহিমানি—মপাঙ্গল লৈবা; নিরূপিতানি—শীজন্নখিবা; ন—ওইদে (ঙমদে); উপস্পৃশুঃ—শোক্লবা; নৃহরিদাস—নরসিংহগী মনাই (প্রহ্লাদ); ইব—মতৌগুম্না; অসুরাণি—হিংচাবশিংগী খুৎলাইনা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মমাঙৈঙদা হিংচাবশিংনা থারকপা খুৎলাইশিংনা নৃসিংহগী মনাই প্রহ্লাদবু পান্‌বা ঙমদবগুম্না ঐহৃ মহাক্কী (শ্রীকৃষ্ণগী) মপাম্বোম মরুমদা চঙজবা মরম্না দ্রোণাচার্য্য, ভীষ্ম, কর্ণ, ভূরিশ্রবা, ত্রিগর্ত্তদেশগী নিংথৌ সুশর্ম্মা, শল্য, সিন্ধুদেশাধিপতি জয়দ্রথ, শান্তনু নিংথৌগী মনাওবুংঙো বাহ্লিক-নচিংবা বীরমকোকশিংনা থারকপা [illegible] মাঙকত্রবা খুৎলাইশিংনা ঐগী হকচাঙ শোকপা ঙমখিদে।

নৈনরোল

প্রহ্লাদ মহারাজাগী ৱারী শ্রীমদ্ভাগবতম্‌গী তরেৎশুবা স্কন্ধদা লীরি। চহী মঙাদা ঙায়রিবা প্রহ্লাদ মহারাজাহ্ কৃষ্ণগী শুদ্ধ ভক্ত অমা ওইরুবদগী মপাবুং হিরণ্যকশিপুনা য়েংথীবা মী অমা ওইখি। মপা হিংচাবনা মচানুপা প্রহ্লাদবু হাৎনবা থৃৎলাই অৱৈবমথৈ শীজন্নখি. অদুবু ভগবান্‌গী কৃপানা মপানা মচা মাঙহন্নবা তৌরকপা থবক পুম্বদগী প্রহ্লাদবু কন্‌খি। মহাকপু মৈনুংদা লংশন্‌খি, ব্রোং-ব্রোং-শৌবা থাওদা থাদখি, চীঙদোন্দগী লংথরম্মী, শামুগী মখোঙদা লংশল্লম্মী, অদুগা হূ পীথরুম্মী। কোন্থংদা মপামক্না মচাবু হাৎলগে হায়দুনা থাঙ অমা পায়থৎলম্মী, মতাঙদুদা নৃসিংহদেব থোরক্লুনা মচাগী মমাঙদা তুক্কচরবা মপাবু হাৎখি। অসুম্না কনামতনা ভগবদ্ভক্তবু হাৎপা ঙমদে। মতৌ অদুগুম্না, ভীষ্মগুম্বা য়েক্লবশিংনা শাথীরবা থৃৎলাই শীজন্নদুনসু অর্জুনবু ভগবান্না কন্‌খি।

কর্ণ— কুন্তীনা মহারাজ পাণ্ডুগা লুহোংদ্রিঙৈগী মমাঙদা সূর্য্যদেব উনদুনা পোকপা মরম্না কর্ণদু পোক্লপদা হন্‌বা-লৈতবা বীরগী খুদম খুজিগা কুণ্ডল-নাইনগা য়াঙনা পোকখি। অহান্‌বদা মাগী মিং বসুসেন কৌরম্মী অদুবু মহাক্না চাওরক্লবা মতমদা মাগী পোকপদা য়াওরকপা খুজি অমদি কুণ্ডল-নাইন্‌দু ইন্দ্রদেবদা পীখিবদগী মহাক বৈকার্ত্তন হায়না খঙনখি। মতুংদা মাবু অধিরথনা খুন্‌খি অদুগা মাগী তালোই রাধাগা অনী চঙনা মচা ওইনা কর্ণবু য়োকখি। কর্ণ অচৌবা দাতা অমনি, থোইদোক হেন্দোক্লা ব্রাহ্মণশিংগী মফমদা দাতা ওইরম্মী। ব্রাহ্মণ অমগীদমক মানা থাক্লুনা পীদবা করিমতা লৈরমদে। দাতাগী পূকচেল চেন্‌বদুনা মাগী পোকপদা য়াওরকপা খুজিগা কুণ্ডল-নাইনগা ইন্দ্রদেবদা পীখিবদুনি; ইন্দ্রনসু পেল্লদুনা শক্তি কৌবা থৃৎলাই অমা কর্ণদা পীখি। মহাকপু দ্রোণাচার্য্যগী থৃৎলাই তম্বগী সেবক অমা ওইনা লৌশনখি। হৌবদগী হৌনা মাগা অর্জুনগা অনীসি মূক্করম্মী। মখোয়নীগী মূক্কবদু উবদগী দুর্য্যোধন-না মহাকপু মরূপ অমা ওইনা লৌখি অদুগা মমৈদদি য়াম্না চান্নখি। মহাক দ্রৌপদীগী স্বয়ম্বর লুহোংবদসু লাক্লম্মী। মহাক্কী হৈশিংবা মশুণ উৎচগে তৌবা মতমদা দ্রৌপদী মবুংনা লাউথোকখি—"কর্ণ লক্ষ্যবেধ তাম্নবদা য়াওবা য়ারোই, মরমদি মহাক শূদ্র উ-শূবগী মচানি।" লক্ষ্যবেধ য়াওহন্দ্রবসু, অর্জুন-না ঙা-লক্ষ্যদু বেধ তৌরবদা দ্রৌপদীনা মঙোন্দা লৈ হূক্লবা মতমদা দ্রৌপদীবু পুদুনা থোরকপদা কর্ণ অমসুং অতৈ নীঙবা কায়রবা নিংথৌ মচাশিংনা থৎতুনা লাম্বেংনখি। কর্ণগা অর্জুনগা য়েংথিনবদা দুর্য্যোধন য়াম্না নুং-ঙাইজরম্মী। মরমদুনা দুর্য্যোধন্না ওম্বা মতাং লাকপদা কর্ণবু অঙ্গদেশগী নিংথৌ হাপখি। দ্রৌপদীবু ফংনবা হোৎনবদা নীঙবা কায়বদগী কর্ণনা দুর্য্যোধন-দা দ্রুপদ নিংথৌগী মথক্তা লান্তাননবা পাউতাক পীখি, মরমদি মাবু মায়থীবা পীরবদি অর্জুনগা দ্রৌপদীগা অনীবু ফাবা য়াগনি। কর্ণবু অর্জুননা কয়ারক হন্না মায়থীবা পীরম্মী অদুগী মথক্তা ভীমসেন-নসু মায়থীবা পীখি। মহাক বঙ্গদেশ, উরিষ্যা অমসুং মদ্রদেশ অহুমগী নিংথৌ ওইরম্মী। মহাক মহারাজ যুধিষ্ঠিরগী রাজসূয় যজ্ঞদসু অকনবা শরুক য়াখি। শকুনিনা শীল্লাংদুনা কৌরব-পাণ্ডব মচীম্নাও মরক্তা জুৱা শান্নবা মতমদা কর্ণসু য়াওরম্মী অদুগা দ্রৌপদীবু পোম্বা ওইনা থাবা মতমদা কর্ণ য়াম্না হরাওখি; মরমদি মহৌশাগী মল্লোম লৈরবদু পেনখি। দ্রৌপদীবু পোম্বা ওইহল্লকপদুদা কর্ণ থরাই য়াওনা পাওদু লাউথোকখি। পাণ্ডবশিংগী অমসুং দ্রৌপদীগী মফি-মরোল লৌথোক্লবা দুঃশাসন-দা হায়খিবদু মহাক্নি। মহাক্না দ্রৌপদীবু মপুরোইবা অমা থম্নবা তৌ হায়রম্মী মরমদি পাণ্ডবশিংনা মাবু পোম্বা থাবদা মাঙলবনিনা মহাক কৌরবশিংগী মীনাই ওইরবনি। মহাক মতম পুম্বদা পাণ্ডবশিংগী য়েক্লবা ওইরম্মী; তাঙ্গা হেক চাবা মতমদা মহাক্না পাণ্ডবশিংবু নমথনবা উপায় অৱৈবমথৈ শীজন্নখি। কুরুক্ষেত্রগী লামুংদা

পুন্থনা নিংথৌশিংদা মহারাজ যুধিষ্ঠিরগী মনাইনি হায়না শক্তাকখি। নিংথৌ ময়ামথুগী মকমদা মহাক মপামক্তা যুধিষ্ঠির মহারাজগী মনাইনি হায়না মাবু হায়হন্থি। অদুগা মওং অদুমক্তনা মাবু যুধিষ্ঠির মহারাজগী মাঙদা পুরকখি। থৌজাল-হৈবা মহারাজ যুধিষ্ঠিরনা মাবু থাদোক্নপীনবা য়াথং তাউখি। মহাক্না মহারাজ যুধিষ্ঠিরগী মথা-পোন্বা কাজৎ-হাবা নিংথৌ অমা ওইজগে হায়না হন্দংলম্বদগী দ্রৌপদীনসু থাদোকপিরো হায়বিখি। অদুম্না ঈকায়বা ফংলবা তুংদা মহাক হিমালয়গী মচুংদা লৈবা গঙ্গোত্রিদা চৎলগা ভগবান্ শিববু পেলহন্নবা অকনবা তপ তৌখি। মহাক্না পাণ্ডুর পুত্রবু, য়াত্রগনা অমুক-মুক্তা অমমম ওইনা, মায়থীবা পীবা ঙমজগে হায়না বর নিখি। অদুদগী কুরুক্ষেত্রগী-য়াল হৌরে অদুগা মানা দুর্যোধনগী মায়কৈদা চোংশন্খি। অহান্বা নুমীৎকী লান্দা মহাক মহারাজ দ্রুপদগা মায়ওক্নে, অদুদগী বিরাটকা, অদুদগী অভিমন্যুগা। অদুদগী মহারথী তরেৎনা কোয়শনগা হুংশিন্নৈতবা মওংদা অভিমন্যুবু হাৎকে তৌবা মতমদা পাণ্ডবশিংনা মতেং পাংবা লাক্লম্মী, অদুবু ভগবান্ শিবগী কৃপানা জয়দ্রথনা মখোয়দুবু থকৃতোক্লম্মী। মতুদা অর্জুন-না জয়দ্রথবু হাৎকনি হায়না য়াশকখি; পাউত্থ তারগা জয়দ্রথনা লানূফম থাদোক্লুনা চৎনিংখি অদুগা অসিগুম্বা পাণ্ডবা থবক তৌবা য়ানবা কৌরবশিংদগী য়াথং নিখি। অদুবু কৌরবশিংনা য়াখিদে। মরমদুনা মহাক অর্জুনগা মায়ওক্নবা ঙাখি। লাল শোক্নরিঙৈদা কৃষ্ণনা অর্জুনদা হায়রম্মী—"মহাদেব শিবগী বরগী জয়দ্রথগী মকোক্তু কনাগুম্বনা লৈপাকথক্তা তাহল্লবদি তাহল্লরিবা মীদু শোয়দনা খুদক্তা শিগনি। মরমদুনা অর্জুনদা শ্রীকৃষ্ণনা জয়দ্রথগী মকোক অদু করুগা সমন্ত-পঞ্চক আশ্রমদা তপ-তৌরিবা মপাগী মতম্বাক্তা তাহন্নবা পাওমেনখি। হায়রিবদুমক অর্জুন-না চপচানা তৌখি। জয়দ্রথগী মপানা করুবা কোক অমা মতম্বাক্তা উবদা লকখি অদুগা খুদক মতমদুদা মহাক্না কোক অদু লৈপাক-থক্তা তাংশেনখি। জয়দ্রথগী মপা শুলক্তা মকোক্তু মতুং তরেৎ থোক্না চেকথারদুনা শিখি।

## শ্লোক ১৭

**সৌত্যে বৃতঃ কুমতিনাত্মদ ঈশ্বরো মে যৎপাদপদ্মমভবায় ভজন্তি ভব্যাঃ।**
**মাং শ্রান্তবাহমরয়ো রথিনো ভুবিষ্ঠং ন প্রাহরন্ যদনুভাবনিরস্তচিত্তাঃ ॥ ১৭ ॥**

### শব্দার্থ

সৌত্যে—সারথিগী থবক্তা; বৃতঃ—হাপ্পুরে; কুমতিনা—বুদ্ধি শেরাম্বদগী; আত্মদ—বুদ্ধি-পীবা; ঈশ্বরঃ—ঈশ্বর; মে—ঐগী; যৎ—মহাক্কী; পাদপদ্মম্—খুয়াথথাল; অভবায়—অরাম-খুডমগীদমক; ভজন্তি—নীংনে; ভব্যাঃ—মীথোই মী হেনবশিংনা; মাম্—ঐঙোন্দা; শ্রান্ত—ইথৌ-লাংলবা; বাহম্—শগোলশিং; অরয়ঃ—য়েক্লবশিং; রথিনঃ—রথী; ভুবিষ্ঠম্—লৈমায়থক্তা লেপ্লিঙৈদা; ন—তৌরমদে; প্রাহরম্—লান্দাবা; যৎ—মহাক্কী; অনুভাব—থৌজাল, কৃপা; নিরস্ত—থাম্লবা; চিত্তাঃ—পূক্নীং।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ঐবা ইথৌলাংলবা শগোলশিংবু ঈশীং পীথক্তে হায়দুনা রথগী ক্রমথরবা মতমদা য়েক্লবশিংনা ঐবু লাংথোকলবনম্বু মাঙী কৃপাননি। ঐনা ঐগী ইরুংতোগী মকমদা মতোংপাক নাইবা মতমা মাবু ঐগী সারথি ওইহনখিবনি। মহাক্কি মীথোই মীকুন থিক্তা সংসারগী অরান-খুডম ফংননবা নীংঙনরিবনি।

## নৈনরোল

পরমেশ্বর ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণ নির্বিশেষবাদীশিং অমসুং ভগবদ্ভক্তশিং অনীমক্কী লাৎনঙাই ওইরিবনি। নির্বিশেষবাদীশিংনা ভগবান্গী সচ্চিদানন্দ-বিগ্রহগী মঙাল অদু লাৎলী অদুগা মাগী ভক্তশিংনা মহাকপু পরমেশ্বর ভগবান্নি হায়না লাৎলী। নির্বিশেষবাদীগী থাক য়োঁয়্রিবা মীতাশিংনা মহাকপু ঐতিহাসিক ব্যক্তিশিংগী মরক্তা অমনি হায়না খল্লী। অদুম ওইন্মক ভগবান্না জীব পুম্নমক্কী পুক্নীং চিংশল্লঙাই লীলা শান্নগে হায়দুনা অবতার তৌই. মদুম্না শান্নবদা মপুঙকাবা প্রভু, মপুঙকাবা সখা, মপুঙকাবা মচা (বাৎসল্য), অমসুং মপুঙফাবা কান্তগী শরুক য়াই। মাগা অর্জুনগা অনীগী সম্বন্ধদি সখ্য ভাব-নি, মরমদুনা ভগবান্না সখাগী ভূমিকাদু মাগী পল্লেম-পম্ফৌগা অমসুং তালোইশিংগা মপুঙ ফানা শান্নবগুম শান্নখি। মসুম্না মপুঙ ফানা শান্নবদা ভগবান্গী যোগমায়া কৌবী শক্তিনা থৌশীনবদগী ভক্তদুনা মাব পরমেশ্বর ভগবান্নি হায়বদু কাউয়ি, তৌবগীবুদি ভগবান্না তৌবা থবক উরকপদা ভক্তনা ঙকপসু ময়াওয়ি। ভগবান্না থ্‌পপ্রবা মতুংদা অর্জুন্না মাগী মরূপ কয়া চাউবনো হায়বদু খঙখি, অদুনা অর্জুননা ভগবানবু শেরান্নবা মওংদা লৌখিরমদে। মক্তবা ভক্তিনা মরল ওইবা অর্জুনগুম্বা ভক্তগা ভগবানগা মরী লৈনদুনা তৌবা লীলাশিংনা বুদ্ধি থৌবা মীশিংগী পুক্নীং চিংশিনখি।

লানফমদা ঈশীং তাঙবা হায়বসি খ্বাইনা থঙনবা থাফম্নি। মফমদুদা ঈশীঙ তাঙডী, মীসু শাসু লানফমদদি য়াম্না থানা নোম্বনিনা থৌরাংবা কোক্লবা ঈশীং চঙডী। থোইদোক্না খুৎলাইনা শোক্লবা লাম্না অমদি সেনাপতিশিংনা শিরমদাইদা ঈশীং য়াম্না থৌরাংঙী, অদুগা করিগুম্বদা ঈশীং ফংদবা মরমগীদমক্তা য়াদদুনা কোঙ্গাইমা শিবসু য়াওয়ি। কুরুক্ষেত্রগী লান্দদি ঈশীং থাৎপদু লৈপাক তৌথোক্লগা লৈম্নুংদগী ফংনবা থৌরাং তৌই। লৈম্নুং হুৎতোক্লগা ঈশ্বরগী কৃপাদগী ঈশীং ইলায় লায়না ফংনরম্মী। হৌজিক্কালদসু লৈম্নুং হুৎলগা ঈশীং ফংনবা পাম্বৈসি শীজন্নরি, অদুবু হৌজিক্কালগী ইঞ্জিনিয়ারশিংনা ঈশীং হেক পাম্বগা লৈম্নুং হুৎপদি ঙমদে। অদুবু পাণ্ডবশিংগী মতমদুফাওবগী ইতিহাসনা ভাকপদি অর্জুনগুম্বা অচৌবা রথীশিংনা শগোলগী থক্লবা ঈশীং ফাওবা পীথক্লমা থৌরাং লৈখাদা তেনজৈনা হুৎলগা তৌবা ঙমখি; মসিগুম্বা মতৌদি হৌজিক্কালগী বৈজ্ঞানিকশিংনা তৌবা ঙমদ্রি।

### শ্লোক ১৮

**নর্মাণ্যুদাররুচিরস্মিতশোভিতানি হে পার্থ হেঽর্জুন সখে কুরুনন্দনেতি।**
**সংজল্পিতানি নরদেব হৃদি স্পৃশানি স্মর্তুর্লুঠন্তি হৃদয়ং মম মাধবস্য ॥ ১৮ ॥**

### শব্দার্থ

নর্মাণি—নোকৃক্রেম্নবা ৱারী রাতাই শাবা; উদার—পুক্নীং তেংনা হায়দোক্লবা; রুচির—নুংঙাইনঙাই ওইবা; স্মিতশোভিতানি—মোমোন-নোকপা মায়থোঙনা লৈতেংবা; হে পার্থ—হে পৃথাগী মচানুপা; হে অর্জুন—হে অর্জুন; সখে—মরূপ; কুরুনন্দন—কুরুবংশদা পোকপা; ইতি—অসিনচিংবা; সংজল্পিতানি—অসিগুম্বা ৱারী-রাতাই; নরদেব—হে নিংথৌ; হৃদি—থম্মোই; স্পৃশানি—শোকপা; স্মর্তুঃ—নীংশিংদুনা; লুঠন্তি—লাওতক্লহল্লি; হৃদয়ম্—থম্মোই; মম—ঐগী; মাধবস্য—মাধবকী (শ্রীকৃষ্ণগী)।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে নিংথৌ, মহাক্কা কাগিজুগাই তৌত্নুনা পূক-শেংবা বাণ্ডাংশিংদু থম্মোই হুনগাইনি অত্নুম্মা ভাণ্ডবদা মোমোন মোমোন্ নোকমি নোকমি তৌবত্নুনা কজরিবা। মহাক্কা ঐবু হে পার্থ, হে অর্জ্জুন, হে কুনন্দন হায়না কৌবদো মহু পূম্বা নীগুশীগুলগা থম্মোই পুবা ভমদরে।

শ্লোক ১৯

শয্যাসনাটনবিকত্থনভোজনাদিষ্বৈক্যাদ্বয়স্য ঋতবানিতি বিপ্রলব্ধঃ।
সখ্যুঃ সখেব পিতৃবত্তনয়স্য সর্ব্বং সেহে মহান্ মহিতয়া কুমতেরঘং মে॥ ১৯॥

শব্দার্থ

শয্যা—কমুং; আসন—ফীদা; অটন—কোয়মিন্নবা; বিকত্থন—ইশা ইশাবু থাগৎনবা; ভোজন—চাবা; আদিষু—অসিনচিংবদা; ঐক্যাৎ—অমতা ওইবা মরম্মা; বয়স্য—হে সখা; ঋতবান—অচুম্বা চৎপা; ইতি—অসুম্মা; বিপ্রলব্ধঃ—থীনা চৈবীবা; সখ্যুঃ—মরূপ অমদা; সখা ইব—মরূপ অমগুম্মা; পিতৃবৎ—পম্বৌগুম্বা; তনয়স্য—মচাদা; সর্ব্বম্—পুম্নমক; সেহে—থাণ্ডবিথি; মহান্—অচৌবা; মহিতয়া—মতীক ময়াইনা; কুমতেঃ—কত্তবা লৌশিং চেন্‌বা মীতাগী; অঘং—অয়োল অরাল; মে—ঐগী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অরাম্বা মতমদা ঐখোয় অনী পুল্লপ লৈমিন্নৈ, ফম্মিন্নৈ অত্নুগা কোয়মিন্নৈ। ইশা ইশাবু থাগৎনবা মতমদা কন্নিগুম্বা অকায়বা, য়েংনরবদা ঐনা হেক হেক হায়—"হে মরূপ, নঙসে অচুম্বা-চৎপা মীনিনা।" মহাকপু ঐনা হৃয়না ভাণ্ডবা মতমদা মহাক্তি পরমেশ্বর ভগবান্নিনা অশেংবা মরূপ অমনা অশেংবা মরূপ অমবু ভাকপীবগুম্মা নত্রগা মপানা মচাবু ভাকপীবগুম্মা মহাক্কা ঐবু ভাকপী।

পৈনরোল

পরমেশ্বর ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণদি পূর্ণব্রহ্মনি মহাকী শুদ্ধ ভক্তশিংগা লোয়নননা শান্নবা মাগী দিব্য-লীলাদা মরূপ-মপীজা ওইনা থণ্ডদে মচা অমা ওইনা থণ্ডদে অত্নুগা মুংশিনবা কান্ত অমা ওইনা থণ্ডদে ওইরু ওইরুবা মায়কৈদা কন্নিমতা ৱাৎলমদে। লাইরীক হৈবা পণ্ডিতশিংনা অমদি ধর্ম্ম-বিধি ইন্‌বা মীশিংনা বেদ মন্ত্র শোন্দুনা স্তুতি তৌববুদি মরম্মা, পলেম-পম্বৌশিংনা অমদি মাগী মুংশিনবী কান্তাশিংনা চৈবনা হৱাওজবা হেল্লী।

শ্লোক ২০

সোহহং নৃপেন্দ্র রহিতঃ পুরুষোত্তমেন সখ্যা প্রিয়েণ সুহৃদা হৃদয়েন শূন্যঃ।
অধ্বন্যুরুক্রম পরিগ্রহমঙ্গ রক্ষন্ গোপৈরসদ্ভিরবলেব বিনির্জিতোহস্মি॥ ২০॥

শব্দার্থ

সঃ—অদো; অহম্—ঐহাক; নৃপেন্দ্র—হে নিংথৌরেন; রহিতঃ—ফংহন্দ্রবা; পুরুষ-উত্তমেন—পুরুষোত্তম পরমেশ্বরনা; সখ্যা—ঐগী মরুপ্পা; প্রিয়েন—ঐগী মুংশিরবনা; সুহৃদা—য়াইফনবা থন্‌বিবা মীনা; হৃদয়েন—থবাই য়াওনা; শূন্যঃ—য়াওদ্রবা; অধ্বনি—হন্দক্তা ইকুই কুইদনা; উরুক্রম-পরিগ্রহম্

—খ্বাইদগী হেন্না খুৎকল্লবা মহাক্কী তালোইশিং; অম—হকচাঙ; রক্ষন্—ঙাক্লিংবা; গোপৈঃ—গোপশিংনা; অসদ্ভিঃ—মীকত্তবশিংনা; অবলা ইব—পাজল-শোনবী অমগুম্না; বিনির্জিতঃ অস্মি—ঐনা মায়থীরে।

## মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে নিংথৌরেন, ঐহাক হৌজিক ঐগী মরূপ অমদি ঐগী স্নাইকনবদা খনবা পরমেশ্বর ভগবান্‌গা কায়নরে, মরমতুনা ঐগী থম্মোইসে ইহাও হাওরে। মহাক লৈতবসিদা কৃষ্ণগী তালোইশিংবু ঙাকশেল্লিংবা মীকত্তবা গোপশিংনা ঐবু মায়থীহনা পীরে।

## তাৎপর্য

শ্লোকসিগী বা মরু হায়বদু—অর্জুনা কত্তবা পুকচেল-চেনবা শনজেম্বহা (গোপ) কাঙবুগী মথুত্তা মায়থীবা কংবসি করম্না ওইথোকপনো অতুগা অসিগুম্বা প্রাকৃত জন ওইবা গোপশিংনা অর্জুনা ঙাক্লম্বা ভগবান্-শ্রীকৃষ্ণগী মহিষীশিংতুগী হকচাঙশিংবু শোকপা ঙমখ্রিবনো হায়বসিনি। শ্রীল বিশ্বনাথ চক্রবর্ত্তি ঠাকুরনা বিষ্ণুপুরাণ অমসুং ব্রহ্মপুরাণ নৈনরগা থোকফম-থোক্তবনা থোকখিবসিগী মরম উৎখি। পুরাণ অনীসিদা বা অমা স্নাওরি মতুদি—মতম অমদা স্বর্গগী রমণীশিংনা অষ্টবক্র মুনিবু সেবা তৌতুনা পেলহনখিবা মতমদা মুনিনা রমণীশিংতুনা পরমেশ্বর ভগবান্‌বু মপুরোইবা ওইনা ফংনবা বর পীখিরম্মী। অষ্টবক্র মুনিতুগী হকচাঙগী তাং নীপান্দা মথেক নীপান থেক্লম্মী। অতুনা মহাক্না চংপা মতমদা পৈনা পৈনা চংলী। মুনিগী শাজং অতু উবদা স্বর্গগী সুপীশিংনা নোক্লীঙবনা থাঙবা ঙমত্রতুনা নোকখি; মতুদা মুনি শাউঃতুনা মখোয়দা অশুম্বা শাপ তৌখি—"পরমেশ্বর ভগবান্‌না নখোয়গী নপুরোইবা ওইরবসু নখোয়বু মীকত্তবশিংনা হুত্তুনা পুশন্ন।" মমৈদা সুপীশিংতুনা মুনিদা প্রার্থনা তৌতুনা পেলহনজখি, অতুদগী মুনিনা অমুক বর পীখি—মীকত্তবশিংনা মখোয়বু হুরান্নরবসু নপুরোইববু অমুক হন্না ফংজো হায়না হায়খি। মরমসিনা মুনিগী বা শোয়দনবা হায়তুনা পরমেশ্বর ভগবান্ মশামক্না অর্জুনা ঙাকশেন্নবতুদগী মাগী তালোইশিংবু হুরানখি, নত্রগদি মীকত্তবশিংতুনা মখোয়বু শোক্লমগা হেক্তা মফমতুদগী মাঙখিরমগদৌবনি। অতুদগী হেন্দোক্না, গোপীশিং থরদি মখোয় মখোয়গী অনীঙবতু থুংলবদা মাগী মাগী মফমদা হনজল্লম্মী। ভগবান্ কৃষ্ণনা থৎপগ্রবা মতুংদা মাগী পার্ষদ পুম্নমক ভগবান্ মাগী নাক্তা কৌশনখি তৌবদবু মওং তোঙান তোঙানবদা কৌরম্মী।

## শ্লোক ২১

**তদ্বৈ ধনুস্ত ইষবঃ স রথো হয়াস্তে**
**সোঽহং রথী নৃপতয়ো যত আনমন্তি।**
**সর্বং ক্ষণেন তদভূদসদীশরিক্তং**
**ভস্মন্ হুতং কুহকরাদ্ধমিবোপ্তমূষ্যাম্ ॥ ২১ ॥**

## শব্দার্থ

তৎ—মতু; বৈ—লেপ্পদনা; ধনুঃ তে—মীরথুরমক; ইষবঃ—তেনজৈশিং; সঃ—মতুমক; রথঃ—দোলাই, রথ; হয়াঃ তে—শগোলশিংতু; সঃ অহম্—ঐহাকমক; রথী—রথী; নৃপতয়ঃ—নিংথৌশিং; যতঃ—মখোয়বু; আনমন্তি—খুরুম্মী; সর্বম্—পুম্বা; ক্ষণেন—মীৎকুপ অমদা; তৎ—মখোয় পুম্বা; অভূৎ—ওইখি; অসৎ—কাজদবা (শীজরবা য়াজবা); ঈশরিক্তম্—শ্রীকৃষ্ণ য়াওদ্রবা; ভস্মন্—উং; হুতম্—মী চৈবা; কুহক-রাদ্ধম্—মীওংবা থোকহনবা শেল; ইব—মতুংগুম্না; উপ্তম্—হুনবা; ঊষ্যাম্—চেনাওচেনবা লৌমুক্তা।

## মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ঐগী গাণ্ডীব লীরংহুমক লৈ, তেন্‌জেন্সু অহুমক লৈ, রথসু অহুমক হান্নগী শগোন্না চিংলিবনি, অহুগা নিংথৌশিংনা মতীকচানা সন্মান তৌরিবা অর্জুন অহু ওইনা ঐমক্না মখোয়হু শীজন্নরিবনি। অহুবু শ্রীকৃষ্ণ লৈত্রবদা মখোয় পুম্বদো মীৎকুপ অমগী মন্নুংদা করিসু কান্নদবা ওইখ্রে। মহুদি উত্তা ঘী হৈবগুমখ্রে, মীৎত্রংদা থোকহন্‌বা লুপাগুমখ্রে, অহুগা লৈহাও-চেন্দবা লোবুক্তা মরু হুন্‌বগুমখ্রে।

## নৈনরোল

অবাইবা তু পান্নগা নাপলহৈদে হায়না কয়ারক নৈনখ্রে। শক্তি তেজ পুন্নমক থোরকফম মকোক শ্রীকৃষ্ণদগী থোরকপা ঙাক্নি, মখোয়হু কৃষ্ণনা তাহন্নিংত্রিমখৈ চাংতাদে অহুগা মহাক্না তাহন্নিংবা মতমদা ময়েং অহুম হৈ। বিজুলি-শক্তি থোরকফমদগী ফংবা ঙাক্তনি, থোরকফম শঙহুনা বিজুলি থাদোকপা হেক লেপ্পগা বলবশিংহু ফরিমতা কান্নদে। মীৎকুপ অমগী মন্নুঙদা অসিগুম্বা শক্তিশিংসি ভগবান্‌গী ইচ্ছানা থোকহন্‌গে নত্রগা থোকপা লেপ্‌হন্‌গে হায়বা ওম্মী। প্রাকৃত সভ্যতাদি ভগবান্‌গী আশীর্ব্বাদপু য়াওত্রবদি অঙাঙগী শান্নবগুম্বনি। অঙাঙবু মমা মপানা শান্নহল্লিবমখৈ করিসু কায়বা লৈতে। মমা মপানবু তোক্লবদি অঙাঙসু শান্নবহু তোকপা তাই। মীওইবগী সভ্যতা অমসুং মহুগী থবকশিংদি ভগবান্‌গী আশীর্ব্বদকা লোয়নত্রবদি সভ্যতাগী চাউখৎপা পুন্নমক শিরবা মীগী হকচাঙদা লৈতেংবগুম্বনি। অশিবা সভ্যতাগা মাগী থবকশিংগদি উত্তা হৈবা ঘী, মীৎত্রংদা উংপা শেন অহুগা লৈহাও চেন্দবা লোবুক্তা মরু হুন্‌বগুম্নি হায়বা বাসে মফমসিদা হায়রি।

## শ্লোক ২২ ২৩

রাজংস্ত্বয়ানুপৃষ্টানাং সুহৃদাং নঃ সুহৃৎপুরে।
বিপ্রশাপবিমূঢ়ানাং নিঘ্নতাং মুষ্টিভির্মিথঃ॥ ২২॥
বারুণীং মদিরাং পীত্বা মদোন্মথিতচেতসাম্।
অজানতামিবান্যোন্যং চতুঃপঞ্চাবশেষিতাঃ॥ ২৩॥

## শব্দার্থ

রাজন্—হে মহারাজ; ত্বয়া—নহাক্না; অনুপৃষ্টানাম্—হংথিবা; সুহৃদাম্—মরীমতাগী; নঃ—ঐখোয়গী; সুহৃৎপুরে—মরীমতাগী লমদা (দ্বারকাদা); বিপ্র—ব্রাহ্মণ, শাপ—শিরাপ্না; বিমূঢ়ানাম্—পঙথরবা; নিঘ্নতাম্—হাৎনরবশিংগী; মুষ্টিভিঃ—খুৎতুন্না; মিথ—মহৈ মহৈ অমগা অমগা; বারুণীম্—চাকৌ; মদিরাং—য়ু; পীত্বা—থক্লুনা; মদ-উন্মথিত—মন্নাই-কারবা; চেতসাম্—পুকচেন মতাগী; অজানতাম্—খঙনদবা ইব—গুম্না; অন্যোন্যম্—অমগা অমগা; চতুঃ—মরি; পঞ্চ—মঙা; অবশেষিতাঃ—লেমহৌরে।

## মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে মহারাজ, মহারাজনা দ্বারকাদা লৈবা মরীমতাগী বা হংবদো হঙৎলিবসিনি—মখোয়শিংদো ব্রাহ্মণগী শাপ্না পুকয়ু থক্লুনা মন্নাই কারবগী মখোয় মশেল শুৎত্নুম খুনহুন্না অমগা অমগা শক খঙনদবগুম্না লাম্বেংবনি। লৌমিংক্তি মহথারহুগী মী মরি-মঙাথক মতুনা লোইনা তুম্‌খ্রে।

### শ্লোক ২৪

**প্রায়েণৈতদ্ ভগবত ঈশ্বরস্য বিচেষ্টিতম্।**
**মিথো নিঘ্নন্তি ভূতানি ভাবয়ন্তি চ যন্মিথঃ ॥২৪॥**

### শব্দার্থ

প্রায়েণ—লোম্; এতৎ—মসি; ভগবতঃ—ভগবান্গী; ঈশ্বরস্য—মপুগী; বিচেষ্টিতম্—থবক; মিথঃ—অমগা অমগা, মশেল মশেল; নিঘ্নন্তি—হাৎনৈ; ভূতানি—জীবশিং; ভাবয়ন্তি—ঙাকশেন্নৈ (পালন তৌনৈ); চ—অমস্তুং; যৎ—মাগী; মিথঃ—মহৈ মহৈ অমগা অমগা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

তশেংবদি থোক্লিবসি পরমেশ্বর ভগবান্গী ইচ্ছানা থোকপনি। জীবশিংদি করি করিগুম্বা মতমদা অমগা অমগা হাৎনৈ অদুগা করিগুম্বা মতমদা অমগা অমগা য়োক্লে কন্নৈ।

### নৈনরোল

মীহৌরোন্-খঙবশিংগী (নৃতত্ত্ববিৎশিংগী) মত মতুং ইন্না হায়রগদি মহৈ মহৈ হিংনবগী লাল শোক্লে অদুগা মতীক খ্বাইদগী চাবতনা হিংহৌই হায়বা প্রকৃতিগী নিয়ম লৈ। অদুবু প্রকৃতিগী নিয়মসি পরমেশ্বর ভগবান্না শীন্ববনি হায়বসি নৃতত্ত্ববিৎশিংনা খঙদে। ভগবদগীতানা হায়রি— প্রকৃতিগী নিয়মদি ভগবান্গী ইচ্ছাতনা ওইবনি। মরমসিনা পৃথিবীদা শান্তি লৈবা মতম মতমদুদা ভগবান্গী শুভেচ্ছানা লৈরিবনি হায়বদু খঙদবা য়াদবনি। অদুগা পৃথিবীদা অশান্তি (কাংথোং-চাইবা) থোকপন্না ভগবান্গী ইচ্ছাতনা থোকপনি। নাপী মকামতা ভগবান্গী ইচ্ছা নত্তনদি লেঙবা ঙমদে। মরমসিনা ভগবান্না শেমদুনা থম্লিবা নিয়মশিংদু ইন্নরক্তবা মতমদা মীগা মীগা জাতিগা জাতিগা মশেল লাল থেংনরিবনি। শান্তিগী লম্বীদা পাংগে হায়রবদি ভগবান্না লিংদুনা থম্লিবা নিয়ম ঙাক্না চৎপদনা শূকশোয়-শোয়দবা পান্থেনি। ভগবান্না লিংদুনা থম্লিবা নিয়মদি অসিনি—ঐথোয়না তৌবা থবক খুদিংমক, ঐথোয়না চারিবা পোৎ খুদিংমক, ঐথোয়না তৌবা যজ্ঞ অমদি দান খুদিংমক ভগবান্গী পেন্নবগীদমক্তা তৌগদবনি। ভগবান্গী ইচ্ছা নত্রবদা করিগুম্বা তৌবা, চাবা থকপা, যজ্ঞ অমদি দান তৌবনচিংবা থবক অমত্তা কনাগুম্বা অমতনা তৌফদে। থৌনাগী হেন্না ফবা শব্দক অর্মদি অফ-ফত্তা খঙবা হায়রবদুনি; মরমদুনা ভগবান্না পেন্নগদবা থবক্লা করিনো পেল্লোইদোবা থবক্লা করিনো হায়বগী থেন্নবদু মীপুম খুদিংনা খঙদবা য়াদবনি। মতৌ অদুন্না ভগবান্না পেন্নগদবা পেল্লোইদোবা হায়বদুনা মরম ওইরগা থবকী মশক লেংবদবনি। কনা-গুম্বগী মচিং মশোল শীজন্নবা য়াদে; মতম পূম্বদা ভগবান্গী পেন্নগদবা হায়বা য়াথঙ্দুনা মাঙ থারগা ঐথোয় থবক চৎথগদবনি। মসিগুম্বা থবকপু যোগঃ কর্মসু কৌশলম্ হায়বদি পরমেশ্বর ভগবান্গা মরী লৈনবা থবক কৌই। মদুনি থবক মপুঙ ফানা তৌবগী থৌওং হায়বদু।

### শ্লোক ২৫-২৬

**জলৌকসাং জলে যদ্বন্মহান্তোঽদন্ত্যণীয়সঃ।**
**দুর্বলান্বলিনো রাজন্মহান্তো বলিনো মিথঃ ॥২৫॥**
**এবং বলিষ্ঠৈর্যদুভির্মহদ্ভিরিতরান্ বিভুঃ।**
**যদূন্ যদুভিরন্যোন্যং ভূভারান্ সঞ্জহার হ ॥২৬॥**

### শব্দার্থ

জলৌকসাম্—ঈশীংদা লৈবশিংগী; জলে—ঈশীংদা; মহৎ—মতৌগুম্না; মহান্তঃ—অচৌবশিংদা; অদন্তি—চাথোকই; অনীয়সঃ—অপীকপশিংবু; দুর্ব্বলান্—অশোনবশিংবু; বলিনঃ—অকনবশিংনা; রাজন্—হে ইনিংথৌ; মহান্তঃ—খ্বায়দগী হেন্না কনবশিংনা; বলিনঃ—হেন্না কন্ শিংবু; মিথঃ—অমগা অমগা; এবম্—মতৌ অদুগুম্না; বলিষ্ঠৈঃ—খ্বায়দগী কনবা; যদুভিঃ—যাদবশিংনা; মহদ্ভিঃ—হেন্না থৌনা কবশিংনা; ইতরান্—মীচম্শিংবু; বিভুঃ—পরমেশ্বর ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনা; যদূন্—যাদবশিংবু; যদুভিঃ—যদুশিংনা; অন্যোন্যম্—মহে মহে মথোয় মশেল; ভূভারান্—মালেমগী অরূবা; সংজহার—কোক্হনখিবে; হ—হৌ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে ইনিংথৌ; ঈশাংগুদা লৈবা অচৌবা অমসুং অকনবা জীবশিংনা অপীকপা অমসুং অশোনবা জীবশিংবু চাথোকপগুম ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনা পৃথিবীগী পোৎলুম য়াংহন্নবা হায়দুনা অশোনবা অপীকপা যাদবশিংবু হাৎনবা হেন্না কনবা হেন্না চাউবা যাদবশিংবু থৌইনশিনখি।

### নৈনরোল

প্রাকৃত জগত্তা হিংনবগী লাম্বেনবা অদুগা খ্বাইদগী হেন্না মতীক চাবনা হিংহৌবা হায়বদি নিয়মনি; মরমদি প্রাকৃত জগৎতা জীব খুদিংমক্তা প্রকৃতিগী লম অসিগী মপু ওইনিংবা মরম্না মায়াংলাংদা পুরবা জীবাত্মাশিংগী মরক্তা থেন্নবা লৈবিবনি। প্রকৃতিবু খুদুম চন্নীংবা পূরুচেল অসিমক্তা বদ্ধ জীবনগী মরুওইবা মরমনি। অসিগুম্বা মপুশাবা জীবশিংগী লমশেম্বিনবা হায়দুনা ভগবান্গী মায়াশক্তিনা বদ্ধজীবশিংগী মরক্তা অকনবা অশোনবা থোকহন্দুনা মথোয়গী থেন্নবা হায়বদু ওইহল্লী। প্রকৃতিবু খুদুম চন্নীংবা পূরুচেলসিনা মশানা তাবা থেন্নবা অমা লৈহল্লে, অদুগা লোয়ননা হিংনবগী লাম্বেংনবা নিয়ম অদু থো চয়রে। বৈকুণ্ঠ জগৎতদি হিংনবগী লাম্বেং হায়বসি লৈতে মরমদি মকমদুগী জীবশিংদি মকমদুদা নিত্য ওইনা লেপ্তবা লৈতনা হিংবা য়ারে। মকমদুদা অমগা অমগা থেন্নবা হায়বদু লৈতে মরমদি জীব খুদিংমক্তা ভগবানগী সেবা তৌনীংগী অদুগা কনাসুনা মপু শাদুনা ভগবান্গী মতৌ তমদে। ভগবান্দি জীবশিং য়াওনা পোৎ খুদিংমকপু শাবা হায়বদু ওইবনা পোৎলম খুদিংগী মপু অমসুং ভোক্তা হায়বদুনি; অদুগা প্রাকৃত জগত্তদি মায়ানা তমহল্লগা মরম্না ভগবানগা লোয়ননা লৈনরিবা নিত্য (লেপ্তবা) সম্বন্ধ (মরী) অসি জীবশিংনা কাউই; মরমদুনা হিংননবা লাম্বেনবগী অমসুং মতীক চাবনা হিংহৌবগী নিয়মসিগী মথা জীব খুদিংনা পোল্লিবনি।

### শ্লোক ২৭

দেশকালার্থযুক্তানি হৃত্তাপোপশমানি চ।
হরন্তি স্মরতশ্চিত্তং গোবিন্দাভিহিতানি মে ॥২৭॥

### শব্দার্থ

দেশ—মফম; কাল—মতম; অর্থ—কান্নবা; যুক্তানি—তিন্নবা; হৃৎ—থম্মোই; তাপ—চাকপা; উপশমানি—[illegible]; চ—অমসুং; হরন্তি—চিংশিল্লি; স্মরতঃ—নীংশিংদুনা; চিত্তম্—পুক্নীং; গোবিন্দ—গোবিন্দ; [illegible]ভিহিতানি—হায়বা; মে—ঐগীদমক।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

গোবিন্দগী মফম মতমগা চানবা নাতৈ চাবা থম্মোইগী মৈচাক কোরক্তই ওইবা বাহৈশিংহু নীংশিংলগা মহুদা পূক্নীংসি লূপখ্রে।

নৈনরোল

শ্লোকসিদা পল্লিবসি কুরুক্ষেত্রগী লানফমদা ভগবান্না পীখিবা পাউজাক ভগবদ্গীতাগী বাহুনি। ভগবান্না ভগবদ্গীতাদা শক্লমলিবা পাউতাকশিংসি অর্জুন মথন্তগী কান্নবা ওাক নত্তে, মতম পুম্নমক্তা মফম পুম্নমক্তা কান্নবগীদমক্নি। ভগবদ্গীতাদি পরমেশ্বর ভগবান্না হায়রম্বনিনা বেদ-জ্ঞানগী সারাংশনি। উপনিষদ্, পুরাণ অমদি বেদান্ত-সূত্রনচিংবা বৈদিক সাহিত্য ময়ামহু নৈনবগী মতম য়াম্না লৈজদবা মীতাশিংগীদমক হায়হুনা ভগবানমক্না ফজনা পুথোকপিরম্বনি। গীতাসি ঐতিহাসিক মহাকাব্য মহাভারত হায়রবহুদা হাপ্লম্লে; মহাভারত হায়বসিদি মূপীশিং, শিমীশিং মুহুম্বা ব্রাহ্মণশিংগী মরক্তা মতীকচাদবা চারোন-শুরোনশিং, ক্ষত্রিয়শিং অহুগা বৈশ্য-জক্তা অরাংবা থাকীগী মীতাশিং হায়বদি মথোয়সিগুম্বা হুম্বা জ্ঞানগী মীওয়াশিংগীদমক থোওইনা লেংলম্বা লাইরিক্নি। কুরুক্ষেত্রগী লানফমদা অর্জুনগী থম্মোইমুংদা থোকখিবা সমস্যাহু ভগবদ্গীতাগী পাউতাক্না কোকহনখিবনি। অমুক ভগবান্না জগৎকী মীয়াম্না উবা ফংদবমখৈ থুপপ্রবা তুংদা মাগী লৈজরম্বা শক্তি অমদি প্রতাপনচিংবা মাওহুনা অর্জুনদা মারুথীবগা মায়রোক্লবা মতমদা মহাক্না ভগবদ্গীতাগী পাউতাকশিংহু নীংশিংলরিংঙে, মরমদি অম্নবা মতম থুদিংমক্তা পূক্নীংগী মৈচাক মখল পুম্নমক্তগী লাম্বোকপা য়ানবগীদা বন্তুনা, অলন্-অরাক পুম্নমক্তগী লাম্বোকপগীদমক ভগবদ্গীতা নৈনগদবনি হায়রবসি থওহন্নগে হায়না নীংলম্বনি।

মুংশিহৈবা ভগবান্না মহাকপু উরবা মতমদা মহাক্কী পাউতাকশিংহু লৌজসনু হায়বগীদমক ভগবদ্গীতাগী পাউতাকশিংসি তুংলমক হায়হুনা থম্বীরম্বনি। প্রাকৃত ইন্দ্রিয়শিংনা পরমেশ্বর ভগবান্বু লাকশনবা ঙমদে, অহুবু মাগী শীওইবগী বাথম্না লাম্বা ঙমদবা শক্তি শীজন্নহুনা মহাক্না মায়াবদ্ধ জীবশিংগী ইন্দ্রিয়না লৌশনবা য়ানবা অচাবা মওং অমদা প্রকৃতিগী থোঙদা মশামকপু উংলবা ওম্মী, মরমদি প্রকৃতিসে ভগবান্গী ময়ামদা কোঙদোকপা শক্তিগী মওং অমনি। মতৌ অহুম্না ভগবদ্গীতাসে মসিদা নত্তনা ভগবান্গী প্রতিনিধি ওইবা খোন শাস্ত্র থুদিংমক ভগবান্গী অবতার ওাক্তনি। ভগবান্গী প্রতিনিধি ওইবা খোনগা ভগবান্গা করিমতা খেন্নবা লৈতে। অর্জুনমক্না ভগবান্গী মমাঙদা লৈরগা ভগবদ্গীতা শ্রবণ তৌহুনা কান্নবা ফংবগুম্না হৌজিকমকসু কনাগুম্বনা ভগবদ্গীতাদগী কান্নবা চপ মান্ননা ফংগনি।

সংসারদগী অরান-থুভম ফংনিংবা কনাগুম্বা মীনা থাজরবদি ভগবদ্গীতাদগী কান্নবা ইরায় লায়না ফংগনি; মরমসিনা ভগবান্না অর্জুনগীসু কান্নবা ওইবা য়াই হায়বা মতাগুম্না অর্জুনদা গীতাগী পাউতাকসি পীরম্বনি। (১) পরমেশ্বর ভগবান্, (২) জীব, (৩) প্রকৃতি, (৪) মফম অমসুং মতম, (৫) থবক তৌবগী ফংগনা মরী লৈনবা, হায়রম মচাপ্তক শ্রীমদ্ভগবদ্গীতাদা তাক্লি। মঙাসিগী মহুংদা পরমেশ্বর ভগবান্গা জীবগা গুণগী মায়কৈদদি অমতনি। অনীসিগী খেন্নবদি মপূমগা (অংশীগা) মচেৎকা (অংশগ) খেন্নবহুনি হায়রনা শুগাইনা তাকই। প্রকৃতিদি লেঙবা ঙমদবা (জড়) পোত্তানি, মামা গুণ মখল অহুমগী অমগা অমগা। মরী লৈনবহু উংলী; নিতা ওইবা মতম (কাল) অমসুং ঙমখৈদবা মফম (দেশ) অসিবু জড় প্রকৃতিগী রাংমলা লৈবনি হায়না লৌখ্রে। প্রকৃতিগী মায়ালাংদা থুহন্নবা নত্রগা মায়ালাংদগী লাম্বোক্লবগী মফম ওইবা জীবগী অপাঙ্গ-পোৎশিংহুনি

জীবগী তৌরিবা থবকশিংদি। হায়রিবা বিষয়শিংসে ভগবদগীতাদা তেন্দনা নৈনরি, মতুংদা বিষয়শিংসি হেন্না খঙনবা হায়দুনা শ্রীমদ্ভাগবতম্‌দা পাক-শন্না নৈনৈ। বিষয় মঙাসিগী মখুৎতা পরমেশ্বর ভগবান্, জীব, প্রকৃতি, দেশ অমসুং কাল অসিনা নিত্যনি (তুংকোয়বনি), অদুবু অদ্বয়তত্ত্ব ওইবা অমসুং স্বতন্ত্র (নীঙতম্না) ওইবা ভগবানগী য়াথং মখাদা জীব, প্রকৃতি অমসুং কাল হায়বা অদুমসি লৈ। পরমেশ্বর ভগবান্দি পরম নিয়ামক-নি। জীবগী মায়িক কর্ম্মসু অনাদিনি (অহৌবা নাইদবনি), অদুবু প্রাকৃত-নত্তবা গুণ ওইনবা চুমথোকপা য়াই। মতৌ অসুম্না প্রকৃতিগী গুণ অদুম তিন্‌বগী থবকশিংদু লেপ্পা য়াই। ভগবান্‌গা জীবগা অনীমক চিন্ময় ঙাক্লি, অনীমক অন্ধানি। অদুবু জীবদি মায়ালাংদা থুবা মরম্না (মহৎ-তত্ত্বগী মখা পোন্‌বনা) ভগবান্দগী তোঙান্‌বনি হায়না শেন্নানা লৌয়ি। শেরান্নবা বাখল্লি কোক্লনবা হায়দুনা অদুগা জীবদু মায়া-লাংদগী লাম্থোক্‌হন্নবা হায়দুনা বৈদিক জ্ঞান পীরম্বনি। জ্ঞানগী অমসুং ত্যাগগী পান্থেনা মায়ালাং থদংলবা মতমদা জীবনা দাস্যি থঙনা থবক তৌয়ি অমসুং ভোগসু তৌয়ি। ভগবান্‌গীদি ভোগ তৌই হায়বদু তশেংনা খঙডী, অদুগা জীবগী মতাঙদদি থবক তৌনীঙবা পোকয়ি হায়বদুতা খঙডী। ভগবান্‌গা জীবগা অনী মান্নে হায়বগী মতাঙদা খেন্নবা লৈবদি চৈতন্যগী (খঙবা) মতাঙদা লৈবা খেন্নবসিনি। অদু নত্রগদি ভগবান্‌গা জীবগা অনীগী মরক্তা খেন্নবা লৈতে। মরমসিনা জীবসি মতম অমতদা ভগবান্‌গা খেন্নে-খেন্নদে (ভেদ-অভেদ ওই)। ভগবদগীতাগী পাউত্তাক পুম্নমক্কী য়ুম্ফমদি হায়রিবা মতসিনা ওইবনি।

ভগবদগীতাদা হায়রিবদি ভগবান্‌গা জীবশিংগসি সনাতন-নি (হায়বদি নিত্যনি মতম পুম্নমক্তা নি) অমসুং প্রাকৃত আকাশগী বাংমনা লৈবা ভগবান্‌গী ধাম (মফম) অদুসু সনাতন-নি। ভগবান্‌গী সনাতনধামদা লৈন্নবা জীববু কৌয়ি, অদুগা ভগবান্‌গী ধামদা য়ৌনবা অদুগা য়ৌরবা তুংদা আত্মানা মাগী থবক উৎলুনবগী সাধন অদুবু সনাতন ধর্ম্ম কৌয়ি। অদুম ওইনমক কনাগুম্বা অমতনা মশাল্লু মায়িক দেহনি হায়না খন্‌বা বাখল্দগী লাম্থোকপা ওমত্রিবমথৈ ভগবদ্ধামসিদা য়ৌবা ঙমদে। ধামসিদা য়ৌনবগী সিদ্ধি ফংননবা উপায়দু ভগবদগীতানা এখোয়দা তাকয়ি। দেহাত্মবুদ্ধিদগী মুক্তি ফংনবা লম্বীদি মতাঙ মতাঙগী মতুং ইন্না কর্ম্মযোগ, জ্ঞানযোগ অমসুং ভক্তিযোগ হায়না খঙনৈ। লম্বীশিংসিনা চৎলগা দিব্যধাম য়ৌবা ঙমগনি। লোগ ময়ামসি ভগবান্‌গা মরী লৈননা চৎলবদি দিব্যধাম য়ৌবা য়াগনি। বেদনা তাকপা মীওইবগী কর্ম্মশিংদুনা মায়াবদ্ধ জীবগী পাপ-চেন্‌বা পুন্নীংবু অসুম তৌদুনা শেংদোকপা ঙমগনি অদুগা জীবদুবু জ্ঞানগী থাক্তা কাহন্‌বা ঙমগনি। জ্ঞান ফংনবগী পবিত্র ওইরবা মতাঙদুনা ভগবদ্ভক্তি ফংনবগী য়ুম্ফম ওইগনি। জীবনগী সমস্যা কোক্লবা থিজল্লিবা মতমগী মথৈ মানা খঙজরিবদু জ্ঞান কৌরি, অদুগা সমস্যা কোক্লবা পান্থেদু ফংলবদা ভগবদ্ভক্তি ফংবগী মতাঙদা লৈবা ঙম্মে। ভগবদগীতানা অহোৱবা জীবনগী সমস্যা নৈনবনা হৌরগা আত্মা জড় প্রকৃতি পঞ্চভূতগা আত্মাগা খেন্নবদু তাকয়ি, অদুদগী যুক্তি-তর্ক কয়া উৎলগা আত্মাদি বরিগুম্বদসু শাঁঙবা নাইদে হায়বা বাফমসিবু প্রমাণ তৌরি, অদুগা অমুক মপান্থোংগী প্রাকৃত আবরণ হায়বদি হকচাঙ অমসুং পুক্নীং অনীসি অরাবনা থল্লবা পুন্সী অনৌবা অমসিদমক হোংঙী হায়বসিসু প্রমাণ তৌদুনা তাকয়ি। মরমসিনা ভগবদগীতা হায়বসিদি সংসারগী অত্থাবা মথল পুন্নমক শেলহন্নবগীদমক পান্থে তারুবা লেংলম্বা লাইরীক্নি; কুরুক্ষেত্রগী লানফমদা তাক্লম্বা জ্ঞানসিগী মরম অর্জুনা থুপখি।

শ্লোক ২৮

সূত উবাচ

এবং চিন্তয়তো জিষ্ণোঃ কৃষ্ণপাদসরোরুহম্।
সৌহার্দেনাতিগাঢ়েন শান্তাসীদ্বিমলা মতিঃ॥ ২৮॥

নৈনরোল

সংসার বিষয় পান্না হায়বসে প্রকৃতিগা শম্নবদগী মোখরকপা শক্তি। মসুম্না মায়ানা মোংহ-ল্বদগী জীবনা নাতৈ-চাবা-চাদবা পোত্তা কয়া থেংনহল্লী, অদুনা মানা দিব্য স্বরূপ ওইনা লৈগ-দবদা দায় হব্বহল্লী। মপোক কয়া হন্জন্ হন্জন্ মায়াবদ্ধ জীবনা ওইদবা অমসুং তুংকোইদবা পোত্তা কয়াগা, হুংঙাইনা থওদে হুংঙাইডনা থওদে, লাংদা থুবদোনা থেংনৈ। অসিগুম্বা পোত্তা-শিংসি ঐথোয়গী সংসার বাসনা ময়ামগী কল ওইনা অনুম অনুম মশীং য়ামশল্লকয়ি; অদুবু শক্তি পূম্বনা তিন্নবা ভগবান্গা ঐথোয়গা শম্নরবা মতমদা সংসার বাসনাশিংসি করিসু কাজদবনি হায়বদু তশেংনা উরকই, মতমদুদা জীবগী বুদ্ধিনা শান্তি অশেঙবা হায়বদু ফংলকই। ভগবদগী-তাদা তাক্লিবা পাউতাকশিংদু অর্জুন্না নীঙশীংলুবগা ভগবানগা মহাক্কা লৈনবা নিত্য সঙ্গ অদু ফোং লাউনা উরকয়ি, মরমদুনা মপুক্নীংদা লৈরম্বা অমোংপা বাসনাশিংদু পুম্নাও মাঙখী।

শ্লোক ৩০

**গীতং ভগবতা জ্ঞানং যৎ তৎ সংগ্রামমূর্ধনি।**
**কালকর্ম তমোরুদ্ধং পুনরধ্যগমৎ প্রভুঃ॥ ৩০॥**

শব্দার্থ

গীতম্—পাওতাক্লম্বা; ভগবতা—ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনা; জ্ঞানম্—তত্ত্বজ্ঞান; যৎ—মদু; তৎ—মদু; সংগ্রামমূর্ধনি—লান্নক্তা; কাল কর্ম—মতম অমসুং থবক; তমঃ-রুদ্ধম্—অমম্বনা কুপ্লম্বা; পুনঃ—অমুক হন্না; অধ্যগমৎ—থোরক্লমী; প্রভুঃ—ইন্দ্রিয়শিংগী মপু।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনা কুরুক্ষেত্রগী লান্দা অর্জুন্দা পীখিবা জ্ঞানগী পাউতাক অদু কাল, কর্ম অমসুং ভোগ-তা পুক্নীং চঙবদগী অর্জুনগী থম্মোইসুংদা কুপশন্দুনা লৈবগুম তৌরম্বনি। অদুবু তশেংবদি কুপ্লমদে। অদুনা গীতাদা য়াওবা পাউতাকশিংদু অর্জুনদা থম্মোইদা ফোংলাউনা কাওরকখি।

নৈনরোল

নিত্য ওইবা কালগী প্রভাব-না মায়াবদ্ধ জীববু সকাম কর্মদা পুক্নীং চঙহল্লী। তৌইগুম্বসুং পরমেশ্বর ভগবান্না মর্ত্যভূমিদা অবতার তৌবা মতমদা কাল হায়বদি ভূৎ-ভবিষ্যৎ-বর্তমান হায়রগা প্রাকৃত ওইবা থাথল্লা ভগবান্বু প্রভাব তৌবা ঙমদে। ভগবান্গী লীলাশিংদি নিত্যনি অমসুং মাগী আত্ম মায়া হায়বদি অন্তরঙ্গ (মসুংগী ওইবা) শক্তিনা ওইহনবা ঙাক্তনি। ভগবান্গী জন্ম-কর্মদি দিব্য ঙাক্তনি (হায়বদি প্রাকৃত নত্তে) অদুগা ঐথোয় মীচমগী মকমদদি মাগী লীলাশিংদু প্রাকৃত লীলাগুম্বা মান্নমা উহল্লী। লান্গী মায়কৈ অমরোম্না তৌবগুম্বা অর্জুনগা ভগবান্গসু কুরুক্ষেত্রগী লান তৌরিবনি হায়না উনৈ, অদুবু থঙৈঙশেংনা হায়বা তারবদি, ভগবান্না মাগী অবতার তৌরকপদি থবক-মরম অদু নিত্য সখা অর্জুনগা লোয়ননা পাঙথোকপনি। মরমদুনা অর্জুনগী প্রাকৃত মান্বা কর্মদুনা মাগী দিব্য স্থান-দগী খুবৈ অমকাওবা লেঙহল্লমদে, লেঙহন্বগী বাদি থসু থমগ্রদুনা ভগবান্ মশামক্না শৈশক্লম্বা গীতাগী অনুভবদু নৌহৌহন্খি। অনুভব নৌহৌহন্বগী বাসি ভগবদ্গীতাদা (১৮/৬৫) মখাগী অসুম্না য়াওরি:—

মন্মনা ভব মদ্ভক্তো মদ্‌যাজী মাং নমস্কুরু।
মামেবৈষ্যসি সত্যং তে প্রতিজানে প্রিয়োঽসি মে॥

মী খুদিংমক্না ভগবানবু মতম পুম্বদা খনগদবনি; মাবু পুক্নীংদা কাউরগদে। মী খুদিংমক্না ভগবান্‌গী ভক্ত ওইগদবনি অমুগা ভগবানবু যাজব তৌগদবনি। অমুক্না তৌরক্লা লৈরা মীয়ুমদি ভগবান্‌গী থোঙ-থম্বানগী মরম খুপচরগা ভগবান্‌গী আশীর্বাদ ফংগনি। মসিগী মরমদা পুরক্লবা ভক্তসিংবু চিংনবিগদাই মরম করিসু লৈতে। অর্জুন হায়বসিদি ভগবান্‌গী মরুপশিংবা অমা ওইবা মরম্না মথোক্না অমুক্না হাকমদি কোঙদোকখিবনি।

অর্জুনা মাগী মরী-মতাশিংগা লোয়ননা লান তৌনীংলমদে, অদুবু ভগবান্‌গী উদ্দেশ অমা পাণ্ডবশিংবগীদমক মহাক লান তৌখি। মহাক মতম পুম্বদা ভগবান্ ইচ্ছা থুংহন্নবগীদমক্তা মশাবু শীজিন্নখি; মরমমতুনা ভগবান্না অন্তর্দ্ধান তৌরবা তুংদসু মহাক দিব্য অবস্থাদা অদুম লৈরম্মী, মতৌগীদি ভগবদগীতাদা তাক্লিবা পাউতাক পুম্বা কাউরম্বা মাল্লবসু। মরমমতুনা মীপুম খুদিংমক্না থোঙথাং খুদিংদা তৌবা থবক অদু ভগবানগীদমক্তি হায়না তৌগদবনি, মসুম্না তৌরগদা ভগবান্‌গী নাক্তা অমুক হনবা শোয়দনা চংগদবনি। মসিনি খ্বাইদগী য়াংবা পুন্সিগী সিদ্ধি হায়বসু।

শ্লোক ৩১

বিশোকো ব্রহ্মসম্পত্ত্যা সংছিন্নদ্বৈতসংশয়ঃ।
লীনপ্রকৃতিনৈর্গুণ্যাদলিঙ্গত্বাদসম্ভবঃ ॥ ৩১ ॥

শব্দার্থ

বিশোকঃ—কায়ন-মৈচাক-কোক্লবা; ব্রহ্মসম্পত্ত্যা—ব্রহ্ম-জ্ঞানা; সংছিন্ন—মপূংফানা ককৃথংলবা; দ্বৈতসংশয়ঃ—মরী লৈনবগী চিংনবা পুম্নমক্কগী; লীন—লুপ্তবা; প্রকৃতি—মহৌশ কৌবী মাইরৈম্বা; নৈর্গুণ্যাৎ—(সত্ব-রজ-তম) গুণশিংগী বাংমদা লৈরবা মরম্না; অলিঙ্গত্বাৎ—প্রাকৃত-দেহ য়াওদবা মরম্না; অসম্ভবঃ—পোকপা-শিবা-নাইদবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ব্রহ্মজ্ঞান লৈবা মরম্না মরী লৈনবগী চিংনবা পুম্নমক মপূঙ ফানা কক্লে। মতৌ অদুম্না মহাক প্রাকৃত গুণ অহুমগী বাংমদা লৈরে। প্রাকৃত দেহংগী শাফোক্লবা মরম্না মহাক অমুক হন্না পোকপা শিবা নাইবগী তাঙ্গা লৈত্রে।

নৈনরোল

মরী লৈনবগী চিংনবসি বুদ্ধি-বাংপা মীতাশিংনা প্রাকৃত দেহবু আত্মানি হায়না শেরান্নবা খনবদগী হৌবনি। হকচাঙ আত্মানি হায়না খনবসি ঐখোয়গী খঙদবা হায়বা অদুগী খ্বাইদগী হেনবা মতাঙনি। হকচাঙগা মরী লৈনবা পোৎ খুদিংবু ঐখোয়না পঙতুনা ঐখোয়গীনি হায়না লৌই। 'ঐ ইশাবু' অমসুং "ঐগী" অমরোমদা "ঐগী হকচাঙ" "ঐগী মরীমতা" "ঐগী ইপোৎ," "ঐগী তালোই" "ঐগী ইচাশিং" "ঐগী ইরন্" "ঐগী দেশ" "ঐগী মী হুক্‌প" অমসুং মসিগুম্বা ওইদবা বাখল লীশীঙ লীশীঙ—হায়বা বাখল শেরান্নবশিং অসিনা মায়াদা-থুন্নবা জীববু কক্কৃণ্ডাওনহল্লি। ভগবদগীতাগী পাউতাকশিংদু মুন্না খঙলগদি অসিগুম্বা কক্কৃণ্ডাওনবদু কোকনি, মরমদি অশেংবা জ্ঞানদি বাসুদেব

শ্রীকৃষ্ণ পরমেশ্বর ভগবান্না মী খুদিংগী আত্মা য়াওনা লৈরিবা পুম্নমকসি ওইরিবনি হায়বা জ্ঞান অতুনি। পোৎলম খুদিংমক মাগী অংশ অমা ওইবনা মাগী শক্তিগী শকতোঙ ওৎলি। শক্তিগা শক্তিমান্গা (শক্তিগী মপুগা) কন্নিমতা থেন্নদে; মরমতুনা দ্বৈতভাব অতু জ্ঞান মপুঙ ফানা ফংলগদি কোকথরকই। অর্জুন্না ভগবদগীতা পাউতাকশিংতু হেক লৌখৎলুবগা মাগী নিত্য সখা ভগবান্ কৃষ্ণবু প্রাকৃতনি হায়না খল্লম্বা য়াথন্দু খুদক্তা মৃৎথৎপা ঙমখি। ভগবান্দু মাগী পাউতাক অতুনা, মাগী রূপ অতুনা, মাগী গুণশিংনা, অমসুং মাগা মরী লৈনবা পোৎলম খুদিংনা মহাক ওইরতুনা অর্জুনগী মাওদা শকউৎলে হায়বসে অর্জুন্না উপলব্ধি তৌখি। মহাকী সখা কৃষ্ণদো অদ্বৈত-ভাবকী শক্তিশিংদো। শককোংতুনা মাগী মাওদা লৈ হায়বতু অর্জুন মানা উপলব্ধি তৌখি। অতুনা মাগীদি দেশ-কালগী মথা-পোনবা দেহতু থাদোকতুনা ভগবান্গী সঙ্গ ফংবগী য়া লৈত্রে। অদ্বৈত-জ্ঞান ফংলবদি ফংলিবা মীতুনা মতম পুন্নমক্তা, করি হায়রনি হন্দকী মপোকসিদফাওবা. ভগবান্গী মরম শ্রবণ, কীর্তন, মনন তৌতুনা অমসুং ভগবানবু পূজা তৌতুনা ভগবান্গা লোয়ননা লৈবা ঙম্মী। পুলিসিদফাওবা কনাগুম্বনা অদ্বয়-জ্ঞান ভগবান্বু ভক্তি সঙ্গ সাধন তৌবগী মপান্না ভগবানবু উবা ঙম্মী অতুগা মহাক লৈ হায়বতু উপলব্ধি তৌবা ঙম্মী; ভক্তি-অঙ্গ সাধন-দি ভগবানগী মরমদা শ্রবণ তৌবনা হৌই। ভগবান্গী পবিত্র নামতু শোনবতনা কনাগুম্বগী থম্মোই-মিংশেল্দা পকপা উফূল অতু খুদক্তা তকৃথোকপা ঙম্মী হায়থসি শ্রীচৈতন্য প্রভুনা হায়রম্মী। উফুল অতু তকৃথোকখিবদা মীতু মায়া লাংদগী য়াম্থোকচে। মায়ালাংদগী লাম্থোকপা হায়বদি আত্মাবু মুক্তি ফংহল্লী হায়বনি। মরমতুনা অদ্বয়জ্ঞানদা কনাগুম্বনা হেক লৈথগা দেহবু আত্মানি খল্লম্বা য়াৎন্দু কোকই। মতৌ অসুন্না তোল্লগদা শুদ্ধ-আত্মাগী মথৌতু দিব্য উপলব্ধি অমগী মমুঙদা নৌহৌননা হৌরকই। অসিগুম্বা উপলব্ধি জীবনা ফংবা য়ারিবসি সত্ত্ব-রজ-তম হায়বা প্রকৃতিগী গুণ অহুমতুদগী মানা লাম্থোকপা ঙম্বননি। ভগবান্গী কৃপানা শুদ্ধ-ভক্তদি খুদক্তা অদ্বৈত অবস্থাদা ফাবা ঙম্মী; অতুনা মহাক অমুক মায়া-লাংদা থুগদবা লৈতরে। শাস্ত্রদা তাকপা ভক্তিসেবাগী পাম্বৈনা দিব্য ওইবা মিৎয়েংতু ফংন্রিবমখৈ কন্নিগুম্বদসু ভগবানবু উপলব্ধি তৌবা কনাসু ঙম্মোই। অর্জুনদি ফীভমসি কুরুক্ষেত্র-লানগী আ মমাঙদগী ফংতুনা লৈরবনি। অতুগা মহাক্না ভগবান্ লৈতরে খল্লকপা মতমদা মহাক্না খুদক্তা ভগবদ্গীতাগী পাউতাকশিংতুগী আশ্রয় লৌজে, মতৌ অতুন্না মাগী ওইকম থোকপা স্বভাব-তা অমুক লৈবা ঙম্মী। মসিনি বিশোক হায়বদি কায়ন-মৈচাকী অথাবদগী লাম্থোক্লবা ফীভম হায়রবদো।

শ্লোক ৩২

**নিশম্য ভগবন্মার্গং সংস্থাং যদুকুলস্য চ।**
**স্বঃপথায় মতিং চক্রে নিভৃতাত্মা যুধিষ্ঠিরঃ ॥ ৩২ ॥**

শব্দার্থ

নিশম্য—নাকোংনা তারগা; ভগবন্—ভগবান্গী; মার্গম্—আবির্ভাব অমসুং তিরোভাব (থুপখিবা) তৌবগী য়া; সংস্থাং —তুম্না মাঙবা; যদুকুলস্য—যদুশাগৈগী; চ—অমসুং; স্বঃ—শ্রীকৃষ্ণগী ধাম; পথায়—লম্বী পাংগে হায়না; মতিম্—পাম্বা; চক্রে—তৌখি; নিভৃত-আত্মা—মথন্তা চীক্না; যুধিষ্ঠিরঃ—যুধিষ্ঠির মহারাজনা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনা মাগী ধামদা হনথিবগী বা মনাকোংনা তারবদা অদুগা যদুশাগৈ তুম্না মাঙখিবগী বা খঙলবদা মহারাজ যুধিষ্ঠিরনা ভগবানগী নাক্তা হল্লগে হায়না নিঙখি।

### নৈনরোল

মালেম-চাশিংনা উরম্বদগী ভগবান্না থ্‌পখিবগী বা তাবা মতুংদা মহারাজ যুধিষ্ঠিরস্থ ভগবদ্গীতাগী পাউতাকশিংদুদা পূর্ণাঙ্গ চঙবা হৌখি। মহাক্না ভগবান্না থোরকপা অমসুং থ্‌ম্লগী বাদুগী মরমদা খঙ্গরম্মী। ভগবান্না প্রাকৃত জগত্তা অবতার তৌবা অদুগা অমূক তিরোভাব (থ্‌ম্না) তৌবসি মহাক মশাগী ইচ্ছাগী তুংইন্‌বনি। জীবশিংবু প্রকৃতিগী নিয়মনা পোকপা শিবা তৌহনবগুম্না করিগুম্বা শক্তি অমতম্না তৌবা নত্তে ভগবান্‌গী আবির্ভাব-তিরোভাব হায়বসিদি। ভগবান্দি মহাক্না হেক নীঙলকপগা রকম অমদগী হেক্তা থোরকপা ঙম্মী, মদুম তৌবনা মাগী মফম অতোপ্পা অমদা ওইরিবা অবতারদুদা কায়হন্‌বস্থ লৈতে। মহাক্তি সুমীৎকুম্বনি। সুমীৎনা মরক্নাই ওইনা থোরকপা, অমূক তাখিবা ঙম্মী, মদুম তৌবনা মফম অতোপ্পদা মানা থোক্ল্‌বদুদা অকায়বা পোক্তে। সুমীৎনা পৃথিবীগী নোংচুপ মায়কৈথংবা লমদমদা থোক্লিংদা ভারতবর্ষদস্থ অয়ুক্তা সুমীৎ থোকই। সুমিৎসি সৌরজগৎকী মফম খুদিংদা থোকই, অদুবু তৌবদদি মফম অমদনা অয়ুক্তা সুমীৎ থোকয়ি অদুগা অকক্লবা মতম অমদা থোইদোকপা মফম অমদা সুমীৎ যুমজংঙী। সুমীৎকী মতাঙদফাওবা মতম ককপা কক্তবগী বা লৈতে, ভগবান্‌গী মতাঙদদি করিমূক হায়নঙাই লৈ। মরমসিনা ভগবদ্গীতাদা হায়রি মদুদি ভগবান্না মাগী অচিন্ত্য (মীওইবনা খন্‌বদা থোক্তবা) শক্তিদু শীজিন্নদুনা শক কোঙবা-থ্‌ম্না তৌবগী বাসি খঙবা মীদি প্রাকৃত নিয়ম পোকপা-শিবা হায়বদুদগী মুক্তি ফংলে অদুগা বৈকুণ্ঠদা লোক অমদা নিত্য ওইনা লৈরে। বৈকুণ্ঠ লোকশিংদা লৈরুবা জীবদি পোকপা-শিবা হন্দুরকপা অমদি অনায়েক তৌদুনা অৱাবা চৈনাথোল ফংবনচিংবা অমতা য়াওদ্রে। বৈকুণ্ঠধামদদি ভগবান্ অমসুং মতমপুম্বদা মহাক্কী সেবা তৌরিবা পার্ষদশিংদি নিত্যকাল নহা ওইদুনা লৈ, মরমদি মফমদুদা হন্দুবা অমদি অনায়েক হায়বদু লৈত্রে। অদুগা শিবস্থ নাইদে। শিবা নাইদ্রবনিনা পোকপস্থ নাইদ্রে। মরমসিনা হায়রিবনি মদুদি ভগবানগী আবির্ভাব-তিরোভাবকী বাবু মুন্না খঙলবা মীদুদি নিত্য জীবনগী সিদ্ধ-অবস্থাদু ফংঙে। মরমদুনা মহারাজ যুধিষ্ঠিরস্থ ভগবানগী ধামদা লেঙগে হায়না খঙ্গরম্মী। মর্ত্যলোক অসিদা ভগবাননা মাগী নিত্য পরিকরশিংগা লোয়ননা অবতার তৌরকই। ভগবানগী লীলা মপুঙ ফানবগীদমক মাগা লৈমিন্নরম্বা যদু শাগৈগী মীশিংদু ভগবানগী নিত্যপরিকর ঙাক্তনি। মতৌ অদুগুম্না মহারাজ যুধিষ্ঠিরনচিংবা মচিন্নাও অমদি মথোয়গী মমানচিংবা লোইনমক ভগবানগী নিত্যপরিকর ঙাক্নি। ভগবান অমসুং মহাক্কী নিত্যপরিকরশিংগী নোংগুম্বা নোঙ্গাবা হায়বদু প্রাকৃত ওইবা থবক নত্তবনিনা হায়বদি দিব্য ওইবনিনা মখোয় পোক্লগা শিদ্রে হায়বা মপাম্বোংগী ওইবা খোঙংদু উরগা ঙককম থোক্তে।

### শ্লোক ৩৩

পৃথাপ্যনুশ্রুত্য ধনঞ্জয়োদিতং নাশং যদূনাং ভগবদ্গতিং চ তাম্।<br>
একান্তভক্ত্যা ভগবত্যধোক্ষজে নিবেশিতাত্মোপররাম সংসৃতেঃ ॥৩৩॥

শব্দার্থ

পৃথা—কুন্তী; অপি—সু; অনুশ্রুত্য—নাকোঙদা লামতক তারদুনা; ধনঞ্জয়—অর্জুন; উদিতম্—হায়রম্বা; নাশম্—লোইবা; যদুনাম—যদুশিংগী; ভগবৎ—পরমেশ্বর ভগবানগী; গতিম্—থ্ৰপথিবা; চ—সু; তাম্—মহু পুম্বা; একান্ত—পুক্লীং লোঙদবা; ভক্ত্যা—ভক্তিনা; ভগবতি—ভগবান শ্রীকৃষ্ণদা; অধোক্ষজে—প্রাকৃত নত্তবা তম্বদা; নিবেশিত-আত্মা—পুক্লীং পুমনুপ লুপ্তুনা; উপররাম্—লাম্বোক্লম্রে; সংসৃতেঃ—সংসারদগী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কুন্তীনা অর্জুনদগী যদু শাগৈ তুম্না মাঙখিবগী অদুগা শ্রীকৃষ্ণগী তিরোভাবকী বা লামতক্না মনাকোঙদা তারবদা ভগবান শ্রীকৃষ্ণদা পুক্লীং পুমনুপ লুপ্তুনা সংসার মায়াদগী মুক্তি ফংখি।

নৈনরোল

মুমীৎ তাবা হায়বসিনা মুমীৎ লোইগ্রেদো (অমুক উবা ফংলরোই) হায়বা নত্তে। মুমীৎ তাগ্রে হায়বদি ঐখোয়না উবা ফংবা লমদম লাম্বোকগ্রে হায়বনি। মতৌ অদুগুম্না ভগবাননা লোক নৎত্রগা ব্রহ্মাণ্ড অমদা শাররম্বা লীলা লোইরে হায়বগী অর্থদি মহাকপু উবা ফংদ্রে হায়বনি। যদু শাগৈ লোইরে হায়বসিনা মখোয় পুম্ভুম তুমগ্রে হায়না তাকপা নত্তে। ঐখোয়না উরম্বদগী যদুশাগৈদু ভগবানগা লোয়ননা থ্ৰপগ্রে হায়বনি। যুধিষ্ঠির মহারাজনা ভগবানগী নাক্তা হল্লবা শেম-শারগে হায়না লেপলম্বগুম কুন্তীদেবীসু মতুম্না বারেপখি। মরমদুনা কুন্তীনা শিরবা মতুংদা ভগবানগী নাক্তা লেপ্পমক চৎপা য়াননবা ফীভমদু ফংগে হায়বগীদমক ভগবানগী মকমদা পুক্লীং লোঙদনা ভক্তি সাধন তৌবা হৌখি। কনাগুম্বনা ভগবানদা ভক্তি সেবা তৌবা হৌবদি মাগী প্রাকৃত দেহসিবু প্রাকৃত নত্তবা ওইহনবা হৌবনি। মতৌ অদুম তৌরগা মক্তবা ভক্ত অমনা মাগী হৌজিক লৈরিবা দেহনা প্রকৃতিগা শম্নবা তোক্নে। লাই থাজদবা নৎত্রগা খঙদবা মীশিংনা ভগবানগী ধামদি লৈবা পোৎ নত্তে বাশেম্নি হায়বদু অরানবনি। অদুগা কনাগুম্বনা ধাম অদুদা স্পুটনিক নৎত্রগা মাগুম্বা পাম্বৈনা য়োঙবা য়াবা নত্তে। অদুবু কনাগুম্বনা শিরবা মতুংদা ধামদুদা য়োবা পম্মী, শিরগা মকমদুদা য়োগে হায়রবদি ভক্তি সাধন তৌবা তাই। মদুতনা ভগবানগী মনাক্তা হনবা য়াবগী য়াথং হায়বদু ওইগদবনি। শ্রীকুন্তীদেবীসু ভক্তিসেবাদা পুঙলুপ লুপখি।

শ্লোক ৩৪

যয়াহরদ্ ভুবো ভারং তাং তনুং বিজহাবজঃ।
কণ্টকং কণ্টকেনেব দ্বয়ঞ্চাপীশিতুঃ সমম্ ॥৩৪॥

শব্দার্থ

যয়া—মদুনা; অহরৎ—থ্ৰপখি; ভুবঃ—পৃথিবীগী; ভারম্—অরুম্বা; তাম্—মদু; তনুম্—হকচাঙ; বিজহৌ—থাদোকখি; অজঃ—পোকপা নাইদবাঃ কণ্টকম্—তিংখংবু; কণ্টকেন—তিংখংনা; ইব—গুম্না; দ্বয়ম্—অনীমক; চ—সু; অপি—বদু; ঈশিতুঃ—ঈশ্বরগী; সমম্—মান্নবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

পোকপা নাইদবা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা যদুশাগৈমচাশিংবু মথোয় মথোয়গী হকচাঙশিংহু থাদোকহনখি, মতৌ অদুম্না মহ'ক্না পৃথিবীগী পোৎলুম কোকহনখি। থোদৌ অসি তিংথৎ অমনা তিংথৎ হন্দোকপগুম্বনি, তৌবগীবুদি অনীমকসে ঈশ্বরগী মকমদদি অমতনি হায়বদি চপ মান্নে।

### নৈনরোল

শ্রীলবিশ্বনাথ চক্রবর্ত্তী ঠাকুরনা হায়—নৈমিষারণ্যদা সূত গোস্বামীদগী শ্রীমদ্ভাগবতম্ শ্রবণ তৌরম্বা শৌনকনচিংবা ঋষিশিংহু যদুবংশনা ময়াই কানবদগী ভাওনহুনা শিখিবহুদা মুংঙাইরমদে। মথোয়গী মপুক্নীং মুংঙাইতবহু কোক্নবা হায়হুনা সূত গোস্বামীনা অসুম্না হায়রগা থেমজনখি মহুদি— যদুবংশগী কাংবুদুগী হকচাঙশিংহু শ্রীকৃষ্ণনা থাদোকহনখিবনি, মহু তৌরগা মথোয়না পৃথিবীগী ভার কোকহনখি। ভগবাননা মাগী নিত্য পরিকরশিংগা লোয়ননা পৃথিবীগী ভার কোকহন্নবগীদমক দেবতাশিংবু তেঙবাংগে হায়হুনা মালেমদা নোংঙম্মী। মরমদুনা মাগী মসুংগী ওইবা লাইয়াম মরক্তগী থরবু যদুবংশদা পোকপুনবা অমসুং পোক্নপা ভগবান মাগী মথৌ পাঙথোকপদা তেঙবাংনবা য়াম্মৎ তাউথখি। ভগবানগী থবক পাঙথোক্নবা তুংদা ভগবানগী ইচ্ছানা দেবতাশিংহু মথোয় মশেল ময়াই কানহুনা ভাওবদগী লাম্বেংনহুনগা মথোয়গী দেহশিংহু থাদোকখি। দেবতাশিংনা সোমরস কৌবা ময়াই কাবা অর্থকপোৎ অমা থক্লে, মরমদুনা মু থকপা অমসুং ময়ায় কাবা হায়রবহু মথোয় মরক্তা থঙনরমদবা নত্তে। করি করিগুম্বা মতমদা ময়ায় কাবদগী মথোয় অহাবা তারম্মী। মুনা ময়ায় কারহুনা লৈরম্মদগী কুবেরগী মচানুপা অনীনা নারদ মুনিবু শাউহনখি, অদুবু মতুংদা ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী কৃপানা মথোয়গী রূপ হায়রগীহু অমুক হন্না কংভখি। মথোয়গী রারীসে দশম স্কন্ধদা কংগনি। ভগবানগী মকমদদি অসুরশিংনে (হিংচাবশিংনে) অদুগা দেবতাশিংনে (লাইরাম্মনে) অনীমক চপ মান্নে, অদুবু লাইশিংনা ভগবান্না হায়রবা ইন্না অদুগা অসুরশিংনা হায়বা ইন্দে। মরমদুনা তিংথৎ অমনা তিংথৎ অমা হনবা হায়বা উদাহরণ অসি চপ চাবা খুদম্নি। ভগবানগী খোঙদা তিংথৎ অমনা য়ুরে, য়ুরিবা তিংথৎহুনা ভগবানবু রাই চিলহল্লে। অদুগা হন্দোক্নবা তিংথৎহুনা ভগবানগী সেবা তৌই। মরমসিন জীব খুদিংমক ভগবান্দগী থোরকপা অংশ ওইরবনু ভগবান্দা অমুবা তিংথৎ ওইরিবা জীবহু অসুর কৌই অদুগা ভগবানগী স্বেচ্ছাসেবক ওইবা জীববুনা দেবতা কৌই। প্রাকৃত জগৎসিদা দেবতাশিংগা অসুরশিংগা মতমপুম্বদা লাম্বেংনরি। অদুগা ভগবান্না দেবতাশিংবু অসুরশিংগী মখুত্তগী মতম পুম্বদা গুাক শেল্লি। দেবতা অসুর অনীমক ভগবানগী মথা পোন্‌বা ওয়ারি। জগৎসি জীব মথল অনিনা থল্লী, ভগবানগী মথৌনা দেবতাশিংবু কনবা অদুগা অসুরশিংবু মাঙহন্‌বা তৌবদদি অসিগুম্বা ভগবানগী থৌদৌসি জগৎতা দঃবার লৈরবদি। মদুম্না তৌবদো মী জাৎ মথল অনীমক্কী মকমদা য়াইকনবা তৌবনি।

### শ্লোক ৩৫

**যথামৎস্যাদি রূপাণি ধত্তে জহ্যাদ্ যথা নটঃ।**
**ভূভারঃ ক্ষপিতো যেন জহৌ তচ্চ কলেবরম্॥ ৩৫॥**

### শব্দার্থ

যথা—মতৌগুম্না; মৎস্য-আদি—ঙামচিংবা; রূপাণি—মক; ধত্তে—লৌই; জহাৎ—থাদোকই; যথা—মতৌগুম্না; নটঃ—অভিনেতানা; ভূভারঃ—মালেমগী পোৎলুম; ক্ষপিতঃ—কোকহনবা; যেন—মহাক্না; জহৌ—থাদোকখি; তৎ—মহু; চ—সু; কলেবরম্—হকচাঙ।

## মৈতৈলোলদা হন্দোকপা

পরমেশ্বর ভগবান্না মালেমগী পোৎলুম কোকহন্নবা মহাক্না লৌথিবা দেহচু লংশেকখি। নট অমগী মতৌগুম্না মহাক্না তানচিংবা শক মথল মথল লৌনবা শক হোংবগুম মাগী দেহচু থাদোকখি।

### নৈনরোল

পরমেশ্বর ভগবান্দি নির্ব্বিশেষ নিরাকার (শক্লাইদবা) নত্তে, অদুম্নদি ওইরগা মাগী হকচাঙদি মহাকা খেন্নদে, মরমদুনা মহাক সচ্চিদানন্দবিগ্রহ হায়না খঙলে। [illegible] শ্রীকৃষ্ণগী বিগ্রহবু (হকচাঙ) প্রাকৃত ওইবা মচাক্না শাবনি হায়রবদি মহাকপু পাইবে পুরুষক শীজিন্নদুনা উপ্নোকদবনি হায়না বৃহৎবৈষ্ণব তন্ত্রদা তশেংনা পল্লি। অসিগুম্বা নাস্তিক অমগী মশক অদু উরুরবদি উরুরিবা মীদুনা খুদক্তা তুরেন্দা ক্নিয়োল য়াওনা চোংথরগা মশাবু শেংদোকদবনি। ভগবানবু অমৃত (শিদবা) হায়না হায়নৈ, মরমদি মাগীদি প্রাকৃত দেহ লৈতে। মরম অসিনা ভগবান্না শিবগী হায়রবদি দেহ হন্দোকই হায়বগী রাদি মিত্রং-তৌবা মীগী মতৌগুম্বনি। মিত্রং তৌবা মীনা মাগী তাৎ-লোশিংনা মশাবু ককথৎলী, মৈ থাদুনা উং ওনহল্লী নত্রগা হিপনোটিজম্ শীজিন্নদুনা জ্ঞান মাঙহল্লী, অদুবু মানা তৌরিবা পূম্বা ওইদবা ভাক উৎপনি। তশেংবদি মিত্রংতৌবা মীদু মিত্রং তৌরিঙৈগী মতুংদা মৈনা চাক্নুনা উং ওন্দে, মচেৎ মচেৎ তানা মশাবুসু কক্তে, মহাক শিবসু শিদে অদুগা জ্ঞানসু মাঙদে। মতৌ অদুগুম্না ভগবান্গীসু মথল মথাগী শক্লোল য়াম্না লৈ, মখোয় খুদিংমক নিত্য ওাক্লি; শক্লোল ময়ামদুগী মরক্তা মৎস্য-অবতারসু শক্লোন অমনি; মৎস্যগী শক্লোল লৌদুনা ঐখোয়গী প্রাকৃত ব্রহ্মাণ্ড-সিদা নোংগুমকথিবনি। ব্রহ্মাণ্ডদি মশীঙ লাকগুমদবমখে লৈবনিনা ব্রহ্মাণ্ড অমদা নত্রগা অমদা মৎস্য-অবতারনা মাগী লীলাশিংচু অতৎ-অথম লৈতনা শাররিবনি। নৈমরিবা শ্লোকসিদা 'ধত্তে' (মতম পূম্বদা লৌনবা-য়ারবা) হায়বা শব্দসি শীজিন্নরি, 'ধিত্বা' (মতম মতমগী ওইনা য়ারবা) হায়বা শব্দসি শীজিন্নদে। মসিগী ভাব-তি ভগবান্না মৎস্য-অবতারসি সৃষ্টি তৌবা নত্তে, মতম পূম্বদা অসিগুম্বা রূপ অমা মাগী লৈ হায়বা বানি; অদুগা মসিগুম্বা অবতার-না অমুক থোরকপা অমুক থুপথিনগী মতমদি থোইদোকপা য়াকম অমা লৈবননি। ভগবদ্গীতাদা (৭।২৪-২৫) ভগবান্না হায়রি "নির্ব্বিশেষবাদীশিংনা ঐহাক শক্লাইদে হায়বদি শক্লাইদবনি (নিরাকারনি) হায়না খল্লী, অদুবু হৌজিক ঐহাক করিগুম্বা পাকম অমা পাঙথোকবগীদমক শক অমা লৌরি অমসুং হৌজিক ঐহাক শকউৎলি। য়াথংদি খল্লিবা মীতাশিংদি মখোয়সি বৈদিক সাহিত্যগী পণ্ডিত ওইরবসু য়াথম্না লাম্বা কংদবা ঐগী শক্তিশিংবু অদুগা ঐগী নিত্য ওইবা রূপশিংসে মখোয়না তশেংনা খঙদে। মরমদি ঐগী যোগমায়াগী মতেংনা ঐগী ভক্তশিংদা ঐবু উহন্দনবা শক্তি শীজিন্নৈ। মরমসিনা বুদ্ধি-থোদবা মীভাশিংনা ঐগী পোকপা-নাইদবা (অজ) অমদি হোংবা-নাইদবা (অব্যয়) রূপ অদুবু খঙদে।" ভগবানবু অনেক-রূপশিংদা অদুগা শাউবা মীতাশিংদি ভগবানগী নিত্য ওইবা অশেঙবা রূপ অদু খঙবা ঙমবা মতীক চাদে হায়না পদ্ম-পুরাণদা হায়রি। ভগবান্দি মল্ল-যোদ্ধা-শিংগী মকমদা বজ্রগুম্না চোংথোরকই হায়নসু ভাগবতমদা হায়রি। শিশুপাল হায়বদো ভগবান্না হাৎলমদায়দা ব্রহ্মজ্যোতি হায়বা মঙাল্না মমীৎ থুরুংহনুথিবা মরম্না ভগবানবু শ্রীকৃষ্ণ ওইনা উখিদে। মরমসিনা, কংসনা থারকপা মল্লযোদ্ধাশিংগী মকমদা বজ্র ওইনা ভগবান্না শকউৎপা অদুগা শিশুপালগী মকমদা ব্রহ্মজ্যোতি ওইনা উৎপা শকফম ভাইহাকীদু ভগবান্না থাদোকখি, অদুবু মহাকৃতি যাদুকর অমগুম্না অদুম নিত্য ওইবা অমুর্ত্তি অব্যয় (হোংদবা) ওইনা অদুম লৈ। অসিগুম্বা মওংশিংদি

অসুরশিংগী মকমদা ওাইহাক্কী ওইনা উৎপনি; হায়রিবা শক্-উৎশিংদু হন্‌জনখ্রবা মতমদা ভগবানদি লৈত্রে হায়না অসুরশিংনা খল্লি, মহুদি বুদ্ধি-বাৎপা ভাবোকশিংনা যাদুকর (মীক্রং-তৌবা) অমবু উৎ ওনখরে নংত্রগা মচেং মচেং তাহনা লৈরে হায়না উবগুম্বা। মা পুম্বসিগী মরোল হায়রবু ভগবানগী প্রাকৃত ওইবা দেহ লৈতে, মরমদুনা মহাকপু কদৌঙৈদসু হাৎপা য়াদে নত্রগা মাগী প্রাকৃত নত্তবা দেহদু কদৌঙৈদসু হোংবা নাইদে।

শ্লোক ৩৬

**যদা মুকুন্দো ভগবানিমাং মহীং জহৌ স্বতন্বা শ্রবণীয়সৎকথঃ।**
**তদা হরেবাপ্রতিবুদ্ধচেতসামভদ্রহেতুঃ কলিরন্ববর্ত্তত॥ ৩৬॥**

শব্দার্থ

যদা—মতমদা; মুকুন্দঃ—মুক্তি-পীবা; ভগবান্—শ্রীকৃষ্ণ; ইমাম্—অসি; মহীম্—পৃথিবী; জহৌ—থাদোকখি; স্বতন্বা—মশামক্কী হকচাঙগা লোয়ননা; শ্রবণীয়-সৎ কথা—মহাক্কী বারীদি শ্রবণ তৌবা য়াবনি; তদা—মতমদুদা; অহঃ এব—মুমীৎতুমক্তদা; অপ্রতিবুদ্ধ চেতসাম্—মখোয়গী পুক্নীংদু চপ চানা চাওখত্রিবা অদুগুম্বা মীতাশিংগী; অভদ্রহেতুঃ—অমঙ্গলগী মরম ওইবা; কলিঃ—কলি; অন্ববর্ত্তত—চঙলকখি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাক্কী কথামৃত শ্রবণ তৌনবাই ওইরবা অদুগুম্বা ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনা মহাক্কী দেহদুমক্তা লোয়ননা মালেম পৃথিবীসি থাদোকখিবা মতমগী মুমীৎ অদুমক্তদা বুদ্ধি বাৎপা মীশিংগী অমঙ্গল থোকহল্লবগী মরম ওইবা কলি হায়বদু চঙলকখি।

নৈনরোল

ভগবান্‌গী ভাবনা-দা লুপ্তবা মীতাশিংগী মথক্তা কলিগী প্রভাব চঙঙী। ভগবানদা পুক্চেল চঙজরবা মীদুতনা কলিগী প্রভাবপু ওাকথোকপা ঙম্মী। কলি যুগ চঙবসি কুরুক্ষেত্র-লাল হেক লোইবদগীনি; অদুবু ভগবান্না থ্‌পত্রিবনিনা কলিনা প্রভাব তৌবা ঙম্মদে। অদুম ওইনমক ভগবান্ মাগী দিব্য দেহদা মালেম পৃথিবীসি থাদোকখি; মহাক্না হেক থাদোকপগা মহারাজ যুধিষ্ঠিরনা অর্জুনা দ্বারকাদগী থুংলত্রিঙৈদগী উখিবা কলিযুগ-কী খুদমশিং থোরকপা হৌখি। মসিগী মতাঙদা মহারাজ যুধিষ্ঠিরনসু শ্রীকৃষ্ণনা হেক থ্‌পখিবগা খল্লমবনি। মুমীৎ ওাবা মতমদা মুমীৎপু উবা ঙংদবগুম্বা শ্রীকৃষ্ণবু ঐখোয়না উবা লেপখিবনি হায়বসি হায়রনা ব্যাখ্যা তৌরবনি।

শ্লোক ৩৭

**যুধিষ্ঠিরস্তৎপরিসর্পণং বুধঃ পুরে চ রাষ্ট্রে চ গৃহে তথাত্মনি।**
**বিভাব্য লোভানৃতজিহ্মহিংসনাদ্যধর্মচক্রং গমনায় পর্য্যধাৎ॥ ৩৭॥**

শব্দার্থ

যুধিষ্ঠিরঃ—মহারাজ যুধিষ্ঠির; তৎ—মদু; পরিসর্পণম্—শন্দোকপা; বুধঃ—খঙ-হৈরবা; পুরে—কোন্নুংদা চ—অমসুং; রাষ্ট্রে—রাজ্যদা (নিংথৌ পান্‌বা লৈবাক্তা); চ—অমসুং; গৃহে—য়ুমদা; তথা—সু; আত্মনি—হকচাঙদা; বিভাব্য—উরদুনা; লোভঃ—নিংথৌবা, য়াম্না য়াওনা চানিঙ-থরিঙবা; অনৃত—ওইদবা; জিহ্ম—লোথ্‌প-লোকোইবা; হিংসন-আদি—হাৎনীঙ-শুনীংবনচিংবা; অধর্ম্ম—নত্তবা ধর্ম্ম; চক্রম্—চাকাগুম্বা কোয়রিবা শাজৎ মরাম; গমনায়—(পৃথিবীদগী) চৎননবা; পর্য্যধাৎ—কি শ্রোন্‌থি।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অসুম অসুম হেন্‌ংহনকপা মিহৌ-চাউবা, ওইদবা ঙাওবা, মীনম শোরিবা অমসুং হাংনগুনবা শাক্ৎ ময়াম্‌শিনা খুদম্‌শিনবা কলিযুগগী প্রভাব অসু কোম্মুংদা, যুমদা, মীয়াম মরক্তা উলসুনা মহারাজ যুধিষ্ঠিরনা অনাথ তানা যুম থাদোক্লগে হায়না কীজোল হোংলসুনা শেমশারম্মী।

### নৈনরোল

লৌকিকী যুগ অসি কলিগী থোইদোকপা মতৌনা প্রভাব ভৌরিবনি। চহী কুশীমগী মতাংগী মমাংগদা লৌথিবা কুরুক্ষেত্রগী লানগী মতমদগী কলি-যুগ অসি লোইগদৌবা চহী ৪২৭,০০০ রাংলী। মথক্তা হায়রখিবগুম্না মিহৌচাউবা, মীনমখোরিবা, লোথুপ লোকোইবা, ওইদবা ঙাওবা, অচানু-মীয়ায়-নাইবা, হাংন-গুনবা অসিনচিংবা কলিযুগগী খুদমশিংসি চঙলবনি। প্রলমগী মরম-কাওবা কলিগী প্রভাব অসুম অসুম হেন্‌ংহনকপগা লোয়ননা করি থোক্লগদগে হায়বা কনানসু বাখল্লা লাম্‌বা ওয়া নত্তে। কলিযুগগী প্রভাব অসি ঈশ্বর-য়াওনবা সভ্যতানা সন্ত্য ওইলে হায়বা মীভাকীনমক্কি হায়বা ঐপোয়না হায়না খঙনরবনি; ভগবান্না ঙাক-শেন্নবা মীশিংগীদি অরিংবগী মশক ওইবা যুগ অসিদগী কন্নিসু কিনগাই লৈতে। মহারাজ যুধিষ্ঠিরদি ভগবান্‌গী অচৌবা ভক্ত অমনি, অদুনা মাদি কলিযুগবু কিক্কনিগাই মরম লৈতবনি, অদুবু মহাক গৃহস্থ-জীবন থাদো-কপনা হেন্না পায়য়ে, অদুনা ভগবান্‌গী নাক্—মরম লয়েন মরান-য়াই অদুদা—হয়বা শেম-শাথি। পাণ্ডবশিংদি ভগবান্‌গী নিত্য পরিকরনি, মরমদুনা ভগবানগা লোয়ননা লৈমিন্নবদুদগী হেন্না পান্না অতৈ কন্নিম্মা লৈরমদ্রে। অদুগীসু মথক্তা, মহারাজ যুধিষ্ঠিরদি ফিদমিঙাইনি। নিংথৌশিনবা ময়াম্মা ফিদম উৎনবা হায়দুনা গার্হস্থ্যধর্মসু থাদোক্লিঙখি। যুম-কৈ য়েংবিনবা নহা অমা হেক ফংবগা মীওইবনা আত্মাগী অকায়ম থিননবা যুস্বানবগী পুঞ্জি থাদোকপা চুম্মী। যমনিংথৌনা চিংথোক্লিং-ত্রিবকাওবা অমম্বা যুস্বান্‌-কুহামুংদা পংদুনা লৈবা হৌনদে। আধুনিক রাজনিতী-শাস্ত্রবা মীওইশিংনা যুস্বানববু থাদোক্লীংনা থাদোকপসে মহারাজ যুধিষ্ঠিরদগী ওম্বা চুম্বনি অসুম তৌরগদি মখোয়না নহারোন্‌গী চঙকমসু শেখিমম্বা য়াম্বে। সংসারদগী পোথারবা হন্নরবশিংসু মখোয়বু নম্‌থেক্কুনা যমগী হুতনা পুজিঁদগী মমাংদা আত্মা-উপলব্ধিগীদমক মহারাজ যুধিষ্ঠিরদগী পান্না তমগদবনি।

### শ্লোক ৩৮

**স্বরাট্ পৌত্রং বিনয়িনমাত্মনঃ সুসমং গুণৈঃ।**
**তোয়নীব্যাঃ পতিং ভূমেরভ্যষিঞ্চদ্ গজাহ্বয়ে॥ ৩৮॥**

### শব্দার্থ

স্ব-রাট্—নিংথৌরেল; পৌত্রম্—মশুমুপাদা; বিনয়িনম্—নীওথিনা হৈহল্লবা; আত্মনঃ—মশা-মক্তাং; সুসমং—পুঙমাম্‌-য়ায়রবা; গুণৈঃ—গুণশিংনা; তোয়নীব্যাঃ—সমুদ্রনা কোয়শিন্নবা; পতিম্—মপু; ভূমেঃ—লৈবাকী; অভ্যষিঞ্চৎ—অভিষেক তৌখি; গজাহ্বয়ে—হস্তিনাপুরদা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অদুগী তুংদা, হস্তিনাপুরদা নীওথিনা হৈহল্লবা অদুগা গুণ মান্নবা মশুবুংগোবু সমুদ্রনা কোয়রবা লমদমগী মপু নিংথৌবেন হাপদুনা অভিষেক তৌখি।

নৈনরোল

মালেম পৃথিবীদা লৈরিবা সমুদ্রনা কোয়রিবা লৈকঙ পুরমক হস্তিনাপুরগী নিংথৌগী মথাদা লৈরম্মী। মহারাজ যুধিষ্ঠিরনা মাগী শুপ মায়বা মশুবুংগী পরীক্ষিৎ মহারাজবু প্রজা পেন্নবা লৈঙাক-লোন নীংথিজনা তম্মীথি। মহারাজ যুধিষ্ঠিরনা ভগবানগী নাক য়েৌনবা মুম থাদোক্তি-ঙৈগী মমাঙদা পরীক্ষিৎপু সিংহাসন মথক্তা অভিষেক তৌত্নুনা কাহনখি। মহারাজ পরীক্ষিৎকী মতাঙদা 'বিনয়িনম্' হায়বা শব্দ শীজন্নবসিগী মরোল অমা লৈ। হস্তিনাপুরগী নিংথৌবু মহারাজ পরীক্ষিৎকী মতম কাওবদা পৃথিবীগী নিংথৌরেল হায়রম্বা কবিগীনো? মতুগী মরমদি নিংথৌরেন-শিংসিনা শাসন কজনা তৌরম্বনা প্রজা পুম্নমক ফুংঙাইরম্মী। প্রজাগী ফুংঙাইবগী মরম হায়রবদু মহৌশা লাইরেম্মনা পীবা চেং-হবাই, উহৈ-রাহৈ, শজোম, মনামশীঙ, মমল-নাইবা রত্ন-নচিংবা খোংদগী খোকপা পোৎলম ময়াম প্রজাগী মীয়ামগী শীজন্নবা মরাঙ কায়না খোকহল্লম্বা মরম্নি। প্রজাশিংদু সংসার মৈচাক হায়বদি হকচাঙগী পূর্ণীংগী অবাবা, প্রকৃতিনা খোকহনবা অবা-মৈচাক, মথবাই পানবা শা-কৈনচিংবদগী ফংগদবা অবা-মৈচাক—ময়ামসি ফংলমদে। মায়কৈ খুদিং য়েংলুবদা মীপুম খুদিংনা মুংঙাইনা পান্নবনিনা কনাগুম্বু শাউন-খোৎনবা তৌরমদে, তৌবগীবুদি মরক মরক্তা নিংথৌ মশেল লৈপাক খোপচন্নবগী অতুগা চাউবা তান্নবগীদমক লাল তৌনৈ। পুক্লিগী থ্বাইদগী রাংবা পান্নম কবিনো হায়বগী মরমদা মী খুদিংমক শিক্ষা ফংনরম্মী, মরমঙুনা কবিন্ন লৈতবা মরম মচা মশুগীদমক খৎন-চৈনবা হৌনদে হায়বদু মী লোইনমক্তা খঙনরম্মী। নিংথৌ অমসুং প্রজাশিংগী অকবা গুণশিংগী মসুংদা কলিগী প্রভাব ইকুং লাকপগুম কাওজল্লকখি, মরমঙুনা প্রজাগা শাসকশিংগা ক্রক্-ক্রক্ য়েংশল্লবা কৌতম অমা থোরকখি। অতুম ওইনমক প্রজাগা শাসকশিংগা লিংজেল মাল্লদবা যুগসিদা আত্মাগী অকারম অমসুং ভগবানগী ভাবনাদি লৈবা রাই। মতুনি যুগসিগী থোইদোকপা মগুণ হায়বদু।

শ্লোক ৩৯

মথুরায়াং তথা বজ্রং শূরসেনপতিং ততঃ।
প্রাজাপত্যাং নিরূপ্যেষ্টিমগ্নীনপিবদীশ্বরঃ ॥ ৩৯ ॥

শব্দার্থ

মথুরায়াম্—মথুরাদা; তথা—সু; বজ্রম্—বজ্র; শূরসেনপতিম্—শূরসেনশিংগী নিংথৌ; ততঃ—অতুগী তুংদা; প্রাজাপত্যাম্—প্রাজাপত্য যজ্ঞ; নিরূপ্য—পাঙথোক্লুনা; ইষ্টিম্—অপাম্বা; অগ্নীন্—মৈ; অপিবৎ—মশাদা হাপচনখি; ঈশ্বরঃ—যুধিষ্ঠির।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অতুগী (শ্রীকৃষ্ণগী মশুবুংঙো) অনিরুদ্ধনা পোকপা বজ্রবু মথুরাদা শূরসেনগী নিংথৌ ওইনা হাপখি। যুধিষ্ঠিরনা প্রাজাপত্য কৌবা যজ্ঞ অদু তৌখি অতুগা গৃহস্থগী পুন্সি থাদোক্লবা হায়দুনা মশাদা মৈ থমখি।

নৈনরোল

মহারাজ যুধিষ্ঠিরনা মহারাজ পরীক্ষিৎপু হস্তিনাপুরগী নিংথৌ ওইনা অভিষেক তৌরগা অমসুং শ্রীকৃষ্ণগী মশুবুংঙো অনিরুদ্ধনা পোকপা বজ্রবু মথুরাগী নিংথৌ হাপলগা সন্ন্যাস ধর্ম লৌখি।

গুণ অমসুং কর্ম্মগী মতুং ইন্‌বা বর্ণ মরি অমুগা আশ্রম মরিগী বর্ণাশ্রম ধর্ম্ম হায়না খঙনবা নিয়ম অসি মীওইবগী তশেংবা পুন্সি হৌবনি। মীওইবগী পুন্সিগী ধর্ম্ম অসি ঙাকশেনবা অমা ওইনা মহারাজ যুধিষ্ঠিরনা মতমচানা সন্ন্যাসী ওইদুনা শাসনগী থবক হৈহল্লবা নিংথৌমচা অমদা শিল্লগা কর্ম্ম-জীবন্দগী পোত্থারম্মী। বর্ণাশ্রমধর্ম্ম হায়বা মরম-চারবা নিয়ম অসিনা মীওইবগী পুন্সিবু শিল্লম-তুইন কাঙলুপ মরি অমুগা আশ্রম মরি থোক্লা খায়দোকয়ি। ব্রহ্মচারী, গৃহস্থ, বানপ্রস্থ অমসুং সন্ন্যাসী হায়বা পুন্সিগী আশ্রম মরিসি কর্ম্মগী বা থল্লবা লৈতনা মীপুম খুদিংনা চৎকদবনি। হৌজিক্কালগী রাজনীতি-য়াওবা মীতাশিংনা অহল ওইরক্লবকাওবদা কর্ম্ম-জীবন্দগী পোৎথানীঙদে, অমুবু মহারাজ যুধিষ্ঠিরদি ফিদম্নকম নিংথৌ অমা ওইবনা, পরলোকীদমক শেম্-শানবা হায়দুনা কর্ম্মদগী পোত্থারম্মী। মী খুদিংমক্তা পুন্সিসি করম হায়না শীন্দোকদগে হায়ববু পুন্সিগী অরোইবা মতাঙ হায়বদি শিরমদায় মমাঙ চহী তরামঙাদগীনা কুন-ফাওবদি অয়োবী থাক্তী সিদ্ধি ফংননবা হায়দুনা ভগবৎ-সেবাদা পুম্না শীজন্নগদবনি। পুন্সি অমগী মতম পুম্নবু জড় ভোগ অমদি সকাম কর্ম্মদা শীজন্নবদি তশেংনমক অপঙবা থবক্নি, মরমদি পুক্নীংমা জড়-ভোগগীদমক সকাম কর্ম্মদা লুপ্লিবমখৈ মায়াবদ্ধ জীবন অসিদগী নাম্বোকপগী তানৃজা লাক্লোই। ভগবান্‌গী নাক্তা হন্‌বা হায়বা বাংলেন্-বাংবা সিদ্ধি ফংনবগী ওইবা মথৌ মকোক অসি থৌশাদবা হায়বা আত্মঘাত-শাক্তং অমু চম্ভবা চুম্মী।

শ্লোক ৪০

**বিসৃজ্য তত্র তৎ সর্ব্বং দুকূলবলয়াদিকম্।**
**নির্ম্মমো নিরহঙ্কারঃ সঞ্ছিন্নাশেষবন্ধনঃ ॥ ৪০ ॥**

শব্দার্থ

বিসৃজ্য—থাদোক্লুনা; তত্র—মতমদুদা; তৎ—মদু; সর্ব্বম্—পুম্নমক; দুকূল—ফি; বলয়-আদিকম্—খুজিনচিংবা; নির্ম্মমঃ—ঐগী হায়বা লৈত্রবা; নিরহঙ্কারঃ—ঐনা তৌবনি হায়বা তোক্লবা; সঞ্ছিন্ন—মপুঙফানা থদৎলবা; অশেষবন্ধনঃ—লোই-থম্বা-নাইদবা মরী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহারাজ যুধিষ্ঠিরদু মতমদুদা মহাক্তী ফিজোল অমদি খুজিনচিংবা লৈতেংং পুম্নমক থদক্তা থাদোকখি অমসুং ঐগী হায়বা অমুগা ঐনা তৌবনি হায়বা পুকচেল থাদোকখরে; মতৌ অসুম্না মখলমখাগী সম্বন্ধ (মরী) লৈরম্বা পুম্না পুঙতং তৎনরমখি।

নৈনরোল

ভগবান্‌গী পার্ষদ অমা ওইগে হায়রবদি প্রাকৃত ওইবা পোৎ পাম্বগী অমোংপা পুম্নমক কোকপা চুম্মী। অসুম্না কোক্লবদি কনামতনা ভগবান্‌গী পার্ষদ ওইবা ঙম্মোই হায়বদি ভগবান্‌গী নাক্তা চৎপা ঙম্মোই। মরমদুনা মহারাজ যুধিষ্ঠিরনা শুদ্ধাত্মা ওইননবা হায়দুনা রাজবেশ অমদি লৈতেংনচিংবা থাদোক্লগা ফিংথৌগী বৈভব পুম্নমক লংশেকখি। কথায় হায়বদি সন্ন্যাসীগী গেরুবা মচুগী কৌপীন হায়বসিনা উৎপত্তি কল্লবা প্রাকৃত ওইবা ফিজোল থাদোক্লবা হায়বনি। মরমদুনা মহাক্লা মহাক্তী রাজবেশ হোদ্লোকখি। মহাক্লা মাগী রাজ্যগী বা পরিবারগী বা থল্লমদ্রে, মতৌ অসুম্না প্রাকৃত সম্বন্ধগী অমোংপা অমুগা প্রাকৃত উপাধিগা মরী থদৎখি। মী অরাম্বনা—পরিবার, সমাজ,দেশ, শিল্লম,

লম, কয়রিংবা উপাধি-মখল মখা অসিদা আসক্ত ওইনৈ। অদুগা আসক্ত ওইরিবমখৈ মী মাবু শুদ্ধাত্মা ওইদে হায়নৈ। আধুনিক যুগসিদা মী ময়ামগী লুচিংবনি হায়রিবশিংসি দেশগী ভাবনাদা আসক্ত ওই, অদুবু অসিগুম্বা ওইদবা ভাবনাসি শরীরবদ্ধ জীবগী উপাধি অমনি হায়বা মখোয়না খঙদে; ভগবান্‌গী নাক্তা চংনবা মতীক-চাবা ওইগে হায়রবদি হায়রিবা উপাধিশিংসি হায়নবা থাদোক্কদবনি। দেশগী ভাবনা লুপ্‌নবা শিবা মীওইবা অপঙবশিংনা লুনা তৌনৈ। অদুবু রেংগু মহারাজ নিংথৌ ওইনবা মহাত্মা স্বদেশপ্রেম লৈতবা ওইদুনা পৃথিবীসি থাদোক্কবা শেম শাখি। অদুম ওইনমক মহাকপু শুসি-কাওবা কনামতনা কাউদে মরমদি মহাশক্তি পুংচেল-চাউবা ধার্ম্মিক সম্রাট অমা ওইরম্মী হায়বদি মহান ভগবান্ শ্রীরামচন্দ্রগুন্নমী। অসিগুম্বা ধর্ম্ম-চেন্‌বা নিংথৌশিংনা প্রজা পালন তৌরব্বা মরম্মা প্রজাশিংনা যুংঙাইরম্মী, অদুগা অসিগুম্বা মহান্ সম্রাটশিংনা পৃথিবী শাসন তৌবা য়ায়বনি।

শ্লোক ৪১

**বাচং জুহাব মনসি তৎপ্রাণ ইতরে চ তম্।**
**মৃত্যাবপানং সোৎসর্গং তং পঞ্চত্বে হ্যজোহবীৎ ॥ ৪১ ॥**

শব্দার্থ

বাচম্—বাঙাওবা; জুহাব—থাদোকখি; মনসি—পুক্কীংদা; তৎপ্রাণ—মাবু (পুক্কীংবু) প্রাণবায়ুদা (থুংশাসোরদা); ইতরে—ইন্দ্রিয় অতৈদুদ; তম্—মদোম্দা; মৃত্যৌ—শিবদা (মৃত্যুদা); অপানম্—সোর-হোন্‌ববু; স-উৎসর্গম্—কথক্লোকপগা লোয়ননা; তম্—মদু; পঞ্চত্বে—ভূত মঙানা শাবা হকচাঙদা; হি—লেপ্পমক; অজোহবীৎ—তিনহল্লখি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অদুগী তুংদা মহাক্না বাঙাওবনচিংবা (বাক্) পুক্কীংদা, পুক্কীংবু প্রাণদা, প্রাণবু অপান্দা অদুগা মৃত্যু (হকী ঈশীং), পুরিবনচিংবা (অমাংবা) থাদোকপগী মশক ওইবা থবক্কা লোয়ননা অপান-বু মাগী অধিষ্ঠাত্রি দেবতাগী মশক ওইবা মৃত্যুদা, মৃত্যুবু পঞ্চভূতকা অমতা ওইবা দেহেদা তিনহল্লখি।

নৈনরোল

মহারাজ যুধিষ্ঠিরহ মনাওবুংঙো অর্জুনগুম্না লোইনা খোমজন্‌বা হৌখি অদুগা মায়া-লাং পুম্বদগী অদুম অদুক লাথোকখি। অহান্‌বদা মহাক্না ইন্দ্রিয় পুম্নমক খোমজনখি অদুগা পুক্কীংদা মখোয়বু তিনহল্লখি; অমরোমদা হায়রগা মহাকী পুক্কীংবু ভগবান্‌গী সেবাদা চঙহল্লখি। প্রাকৃত কর্ম্ম পুম্নমক ইন্দ্রিয়শিংনা তৌবনিদি হায়রগা পুক্কীংনা তৌবনি, মরমদুনা পুক্কীংমা প্রাকৃত কর্ম্ম পুম্বা থাদোক্লগা ভগবান্‌গী সেবারোমদা চঙবা য়াননবা মহারাজ যুধিষ্ঠিরনা ঈশ্বরদা প্রার্থনা তৌখি। অদুনা প্রাকৃত কর্ম্ম তৌরুনঙাই লৈতরে। অশেংনা হায়রগদি পুক্কীংগী থবক্তি থাম্বা য়াবা নত্তে, মরমদি থবকশিংহ নিত্য ওইবা আত্মাগী মখি ঙাক্তি, অদুবু কর্ম্মশিংগী গুণশিংহ অকুবতদগী ভগবৎ-সেবা ওইহল্লনবা ওন্থোকপা য়াই। প্রাণবায়ুগা তিনহল্লদগী থোক্কপা অমোৎপশিংহ চাম্‌থোক্লগা মতমদা অদুগা চানথোকপা অদুদা হন্না হন্না পোকপা-শিনা শরীরহ তোক্লগা অশেংবা আধ্যাত্মিক জীবন লোম্বা মতমদা পুক্কীংগী প্রাকৃত মতুং হোংদোকই। শিরমদায়দা পুক্কীংনা খনবদগী থোক্কপা প্রাকৃত দেহমা মতম খরগীদমক লোইনমক ঙানবা ঙাক্তি। পুক্কীংবু ভগবান্‌গী সেবাদা মতম পুম্বা লুম্বদি, শিংবা মতুংদা ওইরকপা প্রাকৃত দেহ অমা পুক্কীংনা পুথোকপা য়ায়রোই। পুক্কীংহ প্রাকৃত চিন্তাগী অমোৎপদা লুরা য়াদরোই। শুদ্ধ আত্মানা ভগবান্‌গী নাক-মরমদা চঙহনবা হন্‌বা য়াগনি।

শ্লোক ৪২

**ত্রিত্বে হুত্বা চ পঞ্চত্বং তচ্চৈকত্বেঽজুহোন্মুনিঃ।**
**সর্বমাত্মন্যজুহবীদ্ ব্রহ্মণ্যাত্মানমব্যয়ে ॥ ৪২ ॥**

শব্দার্থ

**ত্রিত্বে**—গুণ অহুমদা; **হুত্বা**—কংলগা; **চ**—অমসুং; **পঞ্চত্বম্**—ভূত মঙা; **তৎ**—মহু; **চ**—সুং; **একত্বে**—অবিদ্যাদা; **অজুহোৎ**—তিলহল্লী; **মুনিঃ**—বাখল-থল্লবা যুধিষ্ঠিরনা; **সর্বম্**—পুম্নমক; **আত্মনি**—আত্মাদা; **অজুহোবীৎ**—তিলহল্থি; **ব্রহ্মণি**—ব্রহ্মদা; **আত্মানম্**—আত্মাবু; **অব্যয়ে**—অমাঙ-অতা-লৈতবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

**মহাক্না পঞ্চভূতকী দেহবু প্রাকৃত গুণ অহুমদা তিলহল্লগা গুণশিংহুবু অবিদ্যাদা তিলহন্থি অদুগা অবিদ্যাহুবু আত্মাদা তিলহন্থি অদুদগী আত্মাবু মাঙ-তাকপা লৈতবা ব্রহ্মদা তিলহন্থী।**

নৈনরোল

প্রাকৃত জগত্তা উংলিবা পুম্নমক মহৎতত্ত্ব-অব্যক্তদগী থোরকপা ঙাক্তনি। প্রাকৃত ওইবা মীংনা উরিবা পোং পুম্নমক প্রাকৃত পোংথোক মথেল ময়ামসিনা তিন্নরগা ওইবা ঙাক্লি। অদুবু জীবাত্মাদি প্রাকৃত পোংথোকশিংদগী তোঙানবা পোং অমনি। জীবনা মাগী স্বরূপতি ভগবানগী নিত্যদাসনি হায়রবা কাউবনা অদুগা প্রাকৃত জগৎসিগী মপুনি হায়না মশাবু শেরান্নবা থনবদগী মহাক্না ইন্দ্রিয়গী ওইদবা ভোগ তৌবগী কীভমদা চঙলিবনি। মতৌ অসুম্না প্রাকৃত শক্তি মতাঙ মতাঙগী ওইকম থোকপা ওইরকপনা পুক্নীংবু প্রকৃতিগী মখা পোলহনবনি। মতৌ অসুম্না তৌবদগী পঞ্চভূতকী দেহসি থোরকপনি। মহারাজ যুধিষ্ঠিরনা দেহ থোরকপসিবু হন্দোকহনবনি অদুগা পঞ্চভূতপু প্রাকৃত গুণ অহুমদা ওন্থহনবনি। হকচাঙবু কৈ, কত্তে, ময়ায়-ওইরকপনি হায়না মগুণ য়েংলগা খেন্নবহু মুৎপ্রে, অদুদগী গুণশিংহু প্রাকৃত শক্তিদা তিনপ্রে। প্রাকৃত শক্তিসে শুদ্ধ আত্মাবু শেরান্নবা থনবদগী থোকখিবনি। মতৌ অসুম্না কনাগুম্বনা পরব্যোমদা লৈবা লোক ময়ামগী মনুংদা থোইদোক হেন্দোক্না গোলোক বৃন্দাবন্দা পরমেশ্বর ভগবানগী পার্ষদ ওইনীংলবা মতমদা মহাকসে প্রাকৃত শক্তিদগী তোঙানবনি হায়রবসে মতম লৈবা থিবিক্তা থনজগদবনি। মহাকা প্রাকৃত শক্তিগা মরী করিমত্তা লৈনদে, অদুগা মহাক মশাবু আত্মানি ব্রহ্মনি হায়বদি পরমেশ্বর পরব্রহ্মগা গুণ য়েংনরগা অমঙনি হায়রবসি মহাক শঙগদবনি। মহারাজ যুধিষ্ঠিরনা মহাকী কৈবাকপু পরীক্ষিৎকা বন্ধগা য়েন্থোক্লগা মশাবু পৃথিবীগী নিংথৌরেল্লি নৎত্রগা কৃষ্ণ শাগেগী মকোক্কি হায়না খল্লমপ্রে। অসিগুম্বা প্রাকৃত সম্বন্ধ কোকপগী বাখল্না স্থূল অমসুং সূক্ষ্ম আবরণদগী (কূপদগী) মুক্তি ফংবনা প্রাকৃত জগৎতা লৈনা লৈনা ভগবানগী মনাই ওইনা চংপদা মনীঙ তম্না চংপা ঙম্মে। মতাঙ অসিবু জীবন্মুক্ত মতাঙ হায়রবদি মায়াদগী লাপ্থোক্লবা হায়নৈ। পুক্নি লোইশন্নবা সাধন হায়বহু অদুনি। মহাক মশাবু ব্রহ্মনি হায়না থনবদা নত্তনা ব্রহ্মগুম্না চংথগদবনি। মশামকপু ব্রহ্মনি হায়না থনবা মীদি নিরাকারবাদীনি। অদুগা ব্রহ্মগুম্না শাজং চংপদি শুদ্ধ ভক্তনি।

শ্লোক ৪৩

**চীরবাসা নিরাহারো বদ্ধবাঙ্ মুক্তমূর্ধজঃ।**
**দর্শয়ন্নাত্মনো রূপং জড়োন্মত্তপিশাচবৎ।**
**অনবেক্ষমাণো নিরগাদশৃণ্বন্ বধিরো যথা ॥ ৪৩ ॥**

শব্দার্থ

চীরবাসা—শেগায়বা ফী শেৎলগা; নিরাহারঃ—মপং ওইবা অচাপোৎ চাদবা; বদ্ধবাক্—বা ঙাঙদবা; মুক্তমূর্ধজঃ—মশম-ইকা কায়বা; দর্শয়ন্—উৎতুনা; আত্মনঃ—মশাগী; রূপম্—শকক্ম্; জড়—থবাইপান্দবদোনা লেঙদবা; উন্মত্ত—অঙাওবা; পিশাচবৎ—তুকচবা-শাজৎকী মীডা; অনবেক্ষমানঃ—কনামতবু ঙায়বা লৈতনা; নিরগাৎ—চৎখি (লৈরম্মী); অশৃণ্বন্—নাকোঙদা তাদবমখৈঃ; বধিরঃ—নাপঙবা; যথা—গুম্না।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অচুদগী, মহারাজা যুধিষ্ঠিরনা শেগায়বা ফি শেৎলয়ে, মপঙ-ওইবা চীঞাক পুন্নমক থাদোক্লয়ে, বা ঙাঙখিদয়ে, মশম হাৎখিদয়ে। মহুদা মহাক তুকচবা শাজৎকী মীডা অমদি থবক-থানা-লৈতবা অঙাওবা অমগুমঃপ্র। মহাক মচীম্বনাওশিংদগী করিমতা লোনীঙবা লৈখিদয়ে। নাপঙবা অমগুম্না মীনা ঙাঙ শকপা অমতা তাখিদয়ে।

নৈনরোল

মতৌ অস্তুম্ন মপান্থোংগী ওইবা থবক পুন্নমক্তগী নাথোক্লদুনা মহাক নিংথৌরেন অমা ওইবগী মতৌ তোকখয়ে অচুগা ইমুং মন্নুংগী ইজ্জৎ-মান্নচিংবগী বাথল পুমথা থাদোকখয়ে। মরম মতাঙ পুম্বদা জড় অমদি অঙাওবা পিশাচ অমগুমপ্রে অচুনা যুম্বাল-কৈবাল-বা পুন্নমক তোকখয়ে। মাবু মতম পুম্বদা তেঙবাংলম্বা মচীম্বনাও পুম্বদগী করিমতা লোনীঙলমজে। মসিগুম্বা মতেঙ লোনীঙদবা মতাঙসিবু কিবা-লৈতবা হায়বা অশেঙবা মতাঙ হায়নম্ব কৌনৈ।

শ্লোক ৪৪

উদীচীং প্রবিবেশাশাং গতপূর্ব্বাং মহাত্মভিঃ।
হৃদি ব্রহ্ম পরং ধ্যায়ন্নাবর্ত্তেত যতো গতঃ ॥ ৪৪ ॥

শব্দার্থ

উদীচীম্—অবাং থংবা; প্রবিবেশ—চঙখয়ে; আশাম্—মায়কৈদা; গতপূর্ব্বাম্—মমাংগৈঙদা চংনরম্বা; মহাত্মভিঃ—মহাত্মাশিংনা; হৃদি—থম্মোইদা; ব্রহ্ম—ব্রহ্ম; পরম্—ভগবানবু; ধ্যায়ন্—অতং-অথম লৈতনা খল্দুনা; ন আবর্ত্তেত—হন্নকখিদয়ে; যতঃ—মফমদুদগী; গতঃ—চৎখয়ে।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

পুন্নীং হোঙলবমখৈ পরব্রহ্মবু ধ্যান তৌর-তৌরদুনা, চৎখিবা মায়কৈদগী অমুক হন্নকদোবা লৈম্নবা অচুগা মপামপু মহাত্মাশিংনা চৎখিরম্বা অচুগুম্বা অবাংথংবা মায়কৈ পানা মহারাজ যুধিষ্ঠির লেংখিরম্মী।

নৈনরোল

নৈনম্নিবা শ্লোকসিদগী খঙবা ঙম্মদি মহারাজ যুধিষ্ঠিরদু মপামপুশিংগী অচুগা ভগবৎ-ভক্ত অচৌবনি। [illegible] পুছত ইন্‌থিরম্মী। পৃথিবীগী মীপুম খুদিংনা চৎলম্বা, থোইদোক হেন্নোম্না আর্য্যাবর্ত কৌবা [illegible] খঙলা লৈরম্বা মীশিংনা চৎলম্বা বর্ণাশ্রম কৌবা নিয়ম অচুনা পুজিলগী মতাংদা

অমদা য়ুম-কৈ থাদোকপগী বা তারূবহ্ কয়া হায় হায়না ঐখোয়না যমাওদা নৈনগে। শিক্ষা পীবা কান্দা মতৌ অহুয়া পীরম্মী, অহুনা ঈকাইখুম্নবগী মশক ওইবা মহারাজ যুধিষ্ঠিরগুম্বনা আত্মা-উপলব্ধিগীদমক অমসুং ভগবান্গী নাক্তা চৎননবগীদমক ইয়ুং মঙ্গুংগা লৈনবা মরী পুম্বা থাদোকখি। কনাগুম্বা নিংথৌ নঙ্গগা ঈকাই খুম্নবগী মশক-ওইবা মীতাশিংনা পুন্সি লোইবকাওবা য়ুম্বায়হুনা লৈননীওলমদে মরমদি মীওইবা পুন্সিগী মপুঙকাবগী মরমদা অকায়বা মাঙ তারূবা ওই। ইয়ু মঙ্গুংগী তার পুবা তোরূবা অহুগা শ্রীকৃষ্ণগী সেবাদা পুক্নীং পুয়া চঙননবা হায়রিবা নিয়ম মীপুম খুদিংনা চংকদবনি হায়না হায়নরিবনি, মরমদি মসি মহাত্মাশিংনা চৎপা লম্বীনি। মী খুদিংমক ভগবদ্ভক্ত ওইগদবনি, য়াদ-য়াত্রগা পুন্সিগী অরোইবা মতাঙদদি ভক্ত শূকওই ওইদবা য়াদে হায়না ভগবদগীতাদা (১৮/৬২) ভগবান্না হায়রি। মহারাজ যুধিষ্ঠিরগুম্বা পুকচেল-শেংবা মীদি মশাগী কাম্বজনবা ভগবান্গী পাউতাকসি ইন্দবা য়াদে।

'ব্রহ্মপরম্' হায়বা বাহৈসিনা ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণবু হায়রিবনি। মসি অসিত, দেবল, নারদ অমসুং ব্যাসনচিংবা মহাজনশিংনা হায়রম্বনি হায়হুনা ভগবদগীতাদা (১০।১৩) অর্জুন্না প্রমাণ পীরি। অহুনা মহারাজ যুধিষ্ঠিরনা অবাং মায়কৈ পাংবগীদমক য়ুম থাদোকপা মতমদা মাগী মপারপুশিংনা অমদি মতম পুম্নমক্কী মহৎভক্তশিংনা তৌখিবগুম্না মখোয়গী খুদুও ইন্দুনা শ্রীকৃষ্ণবু অতৎ-অথম লৈতনা ধ্যান তৌখি।

শ্লোক ৪৫

সর্ব্বে তমনুনির্জগ্মুর্ভ্রাতরঃ কৃতনিশ্চয়াঃ।
কলিনাধর্ম্মমিত্রেণ দৃষ্ট্বা স্পৃষ্টাঃ প্রজাভুবি ॥ ৪৫ ॥

শব্দার্থ

সর্ব্বে—লোইনমক; তম্—মাবু; অনুনির্জগ্মুঃ—তুংইন্দুনা চৎখি; ভ্রাতরঃ—মনাওশিং; কৃতনিশ্চয়াঃ—পুক্নীং চপ লেপ্তুনা; কলিনা—কলি হায়বহুনা; অধর্ম্মমিত্রেণ—অধর্ম্মগী মরূপ্তুনা; দৃষ্ট্বা—উরহুনা; স্পৃষ্টাঃ—শোক্লবা; প্রজা—প্রজা; ভুবি—পৃথিবীদা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অধর্ম্মগী মরূপ কলিনা পৃথিবীগী প্রজা পুম্নমকপু শোকপা উরবদা মহারাজ যুধিষ্ঠিরগী মনাও-শিংসু পুক্নীং চপ য়ুংনা লেপ্তুনা ময়াদুংগী খুদুং ইনখি।

নৈনরোল

মহারাজ যুধিষ্ঠিরগী মনাওশিংসু ময়াদুং নিংথৌরেনগী হায়বা-ইনবা মী ওইহুনা লৈরকপনি অহুগা মখোয়সে পুন্সিগী লোলোই-পন্থুং করিমো হায়বগী চপচাবা শিক্ষা কংলবা ওক্লি। মরমহুনা মখোয়না ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণদা ভক্তিসেবা তৌনবগীদমক পুক্নীং চপ য়ুংনা লেপ্পা ময়াদুংগী তুং ইনখি। সনাতনধর্ম্মগী বা মতুং ইন্না পুন্সিগী ভংখাই চন্নকপদা গার্হস্থ্য আশ্রম থাদোকদবনি অহুগা আত্মা মশক খঙনবগীদমক পুন্সী লেনগদবনি। আত্মা মশক খঙনবা চৎপা হায়বসি মতম পুম্বদা মকম খঙনদে। কবিগুম্বা মতমদা গার্হস্থ্য থাদোক্লগা পুন্সিগী লেমহৌবা শরুক অহু করি তৌহনা লেন্গনি হায়বগী মতাঙদা বিভুলা চুনৈ। পাণ্ডবশিংগুম্বা মহাজনশিংগী য়াথেপ অমা মকমসিদা পীরি। মখোয় লোইনমক পরমেশ্বর ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী সেবা তৌহুনা পুন্সী লেন্খিরম্মী।

শ্রীধরস্বামীগী মতু মখুং ইন্না ধর্ম (থৌ), অর্থ (শেল), কাম অমসুং মোক্ষ (অয়ান্-খুবম) হায়বসিনা পুন্সিগী পন্থংনি হায়না মী খরনা লৌরিবহু অচুম্বা নত্তে। মখোয়সিবু পুন্সি-পন্থংনি হায়বা মীভাদি পুন্সি-পন্থং চপ চাবা করিনো হায়বা খঙজবা কাওবুনি। পুন্সি-পন্থং কহিনো হায়বছু ভগবান্না ভগবদ্গীতাদা (১৮।৬৪) হায়রম্বনি; পাণ্ডবশিংদি পাণ্ডিতাক অচুবু চিংনবা লৈজরমখে ইন্নবা বুদ্ধি চেন্নবী।

## শ্লোক ৪৬

**তে সাধুকৃতসর্বার্থা জ্ঞাত্বাত্যন্তিকমাত্মনঃ।**
**মনসা ধারয়ামাসুর্বৈকুণ্ঠচরণাম্বুজম্ ॥ ৪৬ ॥**

### শব্দার্থ

তে—মখোয়; সাধুকৃত—মতৌ চপচানা চৎলবা; সর্ব অর্থাঃ—মতৌক চাম্নমখে য়াওরবা; জ্ঞাত্বা—কন্না খঙলদুনা; অত্যন্তিকম্—পোলোই অরোয়বী; আত্মনঃ—জীবগী; মনসা—পুক্নীংদা; ধারয়ামাসুঃ—পায়রম্মী; বৈকুণ্ঠ—পরব্যোমগী মপু; চরণ-অম্বুজম্—খোঙ খম্বাল।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

পাণ্ডব পুম্নমক্না ধর্ম, অর্থ, কাম অমসুং মোক্ষ হায়বা চতুর্বর্গবু চপচানা চৎলম্বসু ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী খোঙ-খম্বালবু জীবগী পুণ্ডোই-খোইবা পুরুষার্থনি হায়বা খঙলদুনা পুক্নীংদা চেৎনা পায়রম্মী।

### নৈনন্দবাল

হৌখিবা মপোকশিংদা পুণ্য কর্ম তৌরকপা অদুগা পাপ পুম্নমক কোক্লবা মীভাশিংভনা পরমেশ্বর ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী খোঙ-খম্বালদা খন্দুনা লৈবা ঙম্মী। পাণ্ডবশিংদি হন্দকী মপোক্তা নত্তনা মমাঙগী মপোকশিংদসু পুণ্যকর্মদা তৌদুনা লাকপনিনা পাপকর্মগী ফল অমত্তা মখোয়দা চঙলমদে। মরমদুনা মখোয়না পরমেশ্বর ভগবান্গী শ্রীচরণ অদুদা মপূক্নীং পুণ্ডচঙ চঙলম্মী হায়বসি চপ চানা চুম্বনি। বিশ্বনাথ চক্রবর্তীগী মতুং ইন্না ধর্ম, অর্থ, কাম অমসুং মোক্ষ পুরুষার্থ মসিসে পাপকর্মগী ফল চারিবা মীভাশিংভনা য়াবনি। অসিগুম্বা মীভাশিংনা পুরুষার্থ মসিসিনা মপূক্নীং মোৎহন্‌বদগী পরব্যোমদা লৈবা ভগবান্গী খোঙ-খম্বালবু য়াবা ঙমজদে। প্রাকৃত আকাশ অসি দুর্গাদেবী হায়বদি ভগবানগী প্রাকৃত শক্তিগী মখাদা লৈবনি; অদুগা বৈকুণ্ঠ জগৎতি ভগবানগী অন্তরঙ্গ শক্তিনা নিয়ন্ত্রণ তৌবনি।

## শ্লোক ৪৭-৪৮

**তদ্ধ্যানোদ্রিক্তয়া ভক্ত্যা বিশুদ্ধধিষণাঃ পরে।**
**তস্মিন্ নারায়ণপদে একান্তমতয়ো গতিম্ ॥ ৪৭ ॥**
**অবাপুর্দুরবাপাং তে অসদ্ভির্বিষয়াত্মভিঃ।**
**বিধূতকল্মষা স্থানং বিরজেনাত্মনৈব হি ॥ ৪৮ ॥**

### শব্দার্থ

তৎ—মদু; ধ্যান—ধ্যান (রাখন্দা লুম্না); উদ্রিক্তয়া—ইহৌহনবা; ভক্ত্যা—ভক্তিনা; বিশুদ্ধ—শেংদোক্লবা; ধিষণাঃ—বুদ্ধিনা; পরে—পুণ্ডখোই খোইবা (পরম); তস্মিন্—মদুদা; নারায়ণ—পরমেশ্বর ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণ; পদে—খোঙ-খম্বালদা; একান্তমতয়ঃ—অমত্তা-ভায়বা মতোন্দা লুপ্নিবশিংগী; গতি—

পদ্মুংকম্; অবাপুঃ—ফংখি; দুরাবাপাম্—ফংবদা। য়াববা; তে—মখোয়না, অসত্তিঃ—সাধু-নত্তবশিংনা; বিষয়াত্মভিঃ—ইন্দ্রিয় পেল্লবগী হোৎনরিবশিং; বিধূত—চাম্থোক্লবা; কল্মষাঃ—পাপ ময়াম; স্থানম্—মফম; বিরজেন—সংসারগী অপাম্বা লৈত্রবদুনা; আত্মনা এব—আত্মাদুমক্না; হি—লেপ্পমক।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণবু ধ্যান তৌবদগী ইহৌরকপা ভক্তিনা পরমেশ্বর ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী ওইবা বৈকুণ্ঠ আকাশ অদু ফংখি। মফমসিদি পুক্নীং লোঙবা লৈতনা পরমেশ্বর ভগবানবুতা থন্বা মীতাশিংতনা ফংগদবা মফনি। ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী ধাম-গোলোক বৃন্দাবন-হায়বসিদি ঘোর সংসারীশিংনা ফংবা ঙমদে। অদুবু পাণ্ডবশিংদি সংসার-মায়া কোক্লবা ঙাক্তনিনা মখোয় মখোয়গী দেহ অদু পুদুনা শ্রীকৃষ্ণগী মফম অদু য়ৌখি।

নৈনরোল

শ্রীজীব গোস্বামীগী মত মতুং ইন্না, সত্ত্ব-রজ-তম হায়বা প্রাকৃত গুণ অহুমসিদগী লাম্থোক্লবা অদুগা পরমেশ্বর ভগবান্‌গী ধ্যান্দা লুপ্পবা মীদি মাগী হৌজিক হৌজিক লৈরিবা দেহদুদা লৈনা লৈনা পুন্সিগী বাংলেন-বাংবা সিদ্ধি অদু ফংবা ঙম্মী। শ্রীলসনাতন গোস্বামীনা মহাকী হরিভক্তিবিলাস কৌবা লাইরীক্তা হায়রি মদুদি—কনাগুম্বনা মতীকচাবা গুরু অমবু থন্দুনা গুরুগী পাউতাক চপচানা ইন্দুনা চৎলবদি রাসায়নিক অমনা য়োৎপু রসায়নগী পাম্বৈনা সনা ওলহন্‌বা ঙম্মগুম্না অদুগুম্বা তঙ্কদুনা দ্বিজ (অনীরক-পোকপা ব্রাহ্মণ) অমনা ফংবা সিদ্ধিদু ফংবা ঙম্মী। মরমদুনা হৌজিক লৈরিবা দেহেসি হোংদোক্ত্রবদু ব্রাহ্মণ ওইনবগী সাধন তৌনবগী পাউতাক অদুনি মরুদি, অদুম্না লৈরিবা দেহেসি হোংদোক্লবমখৈ ভগবান্‌গী নাক্তা চৎনবগী পাউতাক অদুনি মরুদি। শ্রীলজীব গোস্বামীনা হায়রিবদি নৈনরিবা শ্লোকসিদা য়াওরিবা হি শব্দসিনা শোয়দ্রবনি হায়বদু তাক্লিবনি। নিয়ম নাইনা পুক্নীং-লোঙদবমখৈ ভক্তি-চৎলিবা মীদি প্রাকৃতগুণ অহুমদগী লাম্থোক্লগা ব্রহ্মপদ ফংঙী অমসুং ব্রহ্মপদগী খোঙকমদু ভত্তবা ভক্তি তৌদুনা অমূক য়ৌনা চঙশল্লগদি গোলোক বৃন্দাবন হায়বা বাংলেন-বাংবা ধামদু লৈরিবা হকচাঙসি হোংদোকপা লৈতনা য়ৌবা ঙম্মী হায়বসি ভগবান্না মশামক্কী দেহেদুমক পুদুনা মাগী ধামদা হল্লী হায়বগী মতাঙদা নৈনখিবগুম্না শ্রীমদ্ভগবদ্গীতানা (১৪। ২৬) চুম্মী হায়না য়াব্রি।

শ্লোক ৪৯

**বিদুরোঽপি পরিত্যজ্য প্রভাসে দেহমাত্মনঃ।**
**কৃষ্ণাবেশেন তচ্চিত্তঃ পিতৃভিঃ স্বক্ষয়ং যযৌ॥ ৪৯॥**

শব্দার্থ

বিদুরঃ—(মহারাজ যুধিষ্ঠিরগী মথুড়া) বিদুর; পরিত্যজ্য—থাদোক্নুনা; প্রভাস—প্রভাস তীর্থদা; দেহম্—হকচাং; আত্মনঃ—মশাগী; কৃষ্ণ—পরমেশ্বর ভগবান্; আবেশেন—থাখন্দা লুপ্‌নুনা; তৎ—মাগী; চিত্তঃ—থাখল অমদুং থৌজৌ; পিতৃভিঃ—পিতৃলোক অদুদা লৈবশিংগা লোয়ননা; স্বক্ষয়ম্—মমুমদা; যযৌ—চৎখি।

## নৈনয়োল

কনাগুম্বা প্রেমপ্রেম হৌদোকাই অপাইবা) অমা খৌরিডো প্রেম অত্তৈদা পুক্লাং থিংজনুবা ওয়ে। মহাক্না মহাকী প্রেমগমক থোগাই; প্রেম অমমা থুদোংথিবদা তারবদা প্রেম অমত্তনা থুদোং-থাগিবা প্রেমহুদা মতেঙ পাংবা ওমদে। মতৌ অহুগুম্না কনাগুম্বা ভগবান্না নাক্তা হনগে হায়রবা অঙে কনামখ্না মতেঙ পাওবগম্বা মশা মথন্তা য়োমবা হোংগদবানি। প্রেম অমমা পাইথংত্রিঙৈ লৈপাক্তা লৈরিঙৈদদি মতেঙ পীনৈ। মতৌ অহুগুম্না হিংলিঙৈ মতমদা গুরু, মপা, মমা, মরীমতা, মপুরোইবনচিংবা মী অমা অমনা মতেঙ পীরকপা ওম্মী, অহুগা সমুদ্র লাল্লিঙৈদদি মশা মথন্তনা হোংবকরবা হায়না কংথিবা পাউজাক পাউচমনহু শীজবা তাই। দ্রৌপদীনা মপুরোইবা অগানি অহুবু কনামত্তনা দ্রৌপদী চৎসি হায়না লৌবিরমদে, দ্রৌপদীহু মপুরোইশিংহু তাইবগম্বা অমনাই হোংনজবা তাথি। মহাক্তি হায়না শিক্ষা কংলবনিনা মহাক্না পরমেশ্বর ভগবান্ বাসুদেব কৃষ্ণগী খুয়া থম্বানবু ধ্যান তৌজথি। তালোইশিংসু (দ্রৌপদী অমদি সুভদ্রা) মথোয়গী মথোয়গী মপুরোইবথোয়দোনা ফল চপ মান্নবা ফংথি, হায়বদি মথোয়গী হকচাঙহু হোংদোক্তবমথে ভগবান্গী নাক য়ৌথি। শ্রীলবিশ্বনাথ চক্রবর্ত্তীগী মত মতুং ইন্না সুভদ্রাগী মিং শ্লোক্তা পত্রবসু দ্রৌপদীগা মথোয় অনীমক মপুরোইবথোয়দোনা ফল চপ মান্নবা ফংথি। মথোয় অমতা মশাগী হকচাঙহু থাদোক্লমদে।

## শ্লোক ৫১

**যঃ শ্রদ্ধয়ৈতদ্ ভগবৎপ্রিয়াণাম্**
**পাণ্ডোঃ সুতানামিতি. সম্প্রায়াণম্।**
**শৃণোত্যলং স্বস্ত্যয়নং পবিত্রং**
**লব্ধ্বা হরৌ ভক্তিমুপৈতি সিদ্ধিম্।**

## শব্দার্থ

যঃ—কনাগুম্বা মহাক্না; শ্রদ্ধয়া—থাজবগা লোয়ননা; এতৎ—মসি; ভগবৎপ্রিয়াণাম্—ভগবান্গী নুংশিবা মীশিংগী; পাণ্ডোঃ—পাণ্ডুগী; সুতানাম্—মচানুপাশিংগী; ইতি—মতৌসুম্না; সম্প্রয়াণম্—চৎথিবা; শৃণোতি—মনাকোঙনা তায়; স্বস্ত্যয়নম্—মঙ্গলগী ওইবা; পবিত্রম্—পূণ্ডশেং শেংবা; লব্ধা—ফংহনা; হরৌ—হরিদা; ভক্তিম্—ভক্তি; উপৈতি—ফংঙৌ; সিদ্ধিম্—সিদ্ধি; (মতোপ্লোয়া পাঙথোকপা)।

## মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

পাণ্ডুগী মচানুংঙোশিংনা পুন্সিপদু ওইবা ভগবান্গী নাক তান্না হনখিবগী বাসি মঙ্গলগী মশক্তি অহুগা মহাপবিত্রনি। মরমসিনা কনাগুম্বনা বারিসি মনাকোঙনা তাজরগদি শ্রীহরিদা ভক্তি লৈজবা ওমহুনা সিদ্ধ-দশা ফংজৈয়ে।

## নৈনরোল

শ্রীমদ্ভাগবতম্ হায়বসি পরমেশ্বর ভগবান্গী অমসুং পাওবখোয়গুম্বা ভগবদ্ভক্তশিংগী বারীনি। পরমেশ্বর ভগবান্ অমসুং মহাক্কী ভক্তশিংগী বারীদি অনীলোঙদবা বারীনি। অছুনা বারীসু শ্রদ্ধা ভক্তি য়াওনা শ্রবণ তৌবদি ভগবান্গা মহাক্কী পার্ষদশিংগা লোয়নছিনা লৈবনি। শ্রীমদ্ভাগবতম্ শ্রবণ তৌরগদি ভগবান্গী নাক্তা হয়া য়োৌবা হায়বা বাংলেন-বাংবা সিদ্ধি হায়বসু শোয়দনমক ফংঙ্গনী।

অসুম্না ব্রহ্মসূত্রভাষ্য শ্রীমদ্ভাগবতম্গী অহানবা ষ্কন্দা পাওবশিংনা মতম চানা সংসার থাদোকপা কৌবা তরামঙাগুবা অধ্যায়গী ভক্তিবেদান্ত নৈনরোল লোইরে ।

# তরাতরুকণ্ডবা অধ্যায়

## পরীক্ষিৎনা কলিগা উনবা

শ্লোক ১

**সূত উবাচ**

**ততঃ পরীক্ষিদ্বিজবর্য্যশিক্ষয়া মহীং মহাভাগবতঃ শশাস হ ।**
**যথা হি সূত্যামভিজাতকোবিদাঃ সমাদিশন্ বিপ্র মহদ্গুণস্তথা ॥ ১ ॥**

শব্দার্থ

সূতঃ উবাচ—সূতগোস্বামীনা হায়রম্মী; ততঃ—অদুগী তুংদা; পরীক্ষিৎ—মহারাজ পরীক্ষিৎ; দ্বিজবর্য্য—অনীরকহল্লা পোক্লবা ব্রাহ্মণশিংনা; শিক্ষয়া—(পীবা) শিক্ষানা; মহীম্—মালেম পৃথিবী; মহাভাগবতঃ—মহাভক্ত; শশ স হ—লৈঙাক্লম্মী; যথা—মখোয়না হায়রবগুম্না; হি—লেপ্পমক; সূত্যাম্—মহাক্কী পোকপা মতমদা; অভিজাত-কোবিদঃ—পোকপা মতমগী বা খঙবা পঞ্জি গণক; সমাদিশন্—হায়রম্মী; বিপ্র—হে ব্রাহ্মণশিং; মহৎ-গুণঃ—অচৌবা গুণ; তথা—মদুমক ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সূত গোস্বমীনা হায়রম্মী—হে অথওবা ব্রাহ্মণশিং ! অদুগী তুংদা মহারাজ পরীক্ষিৎ অনীরক হল্লা পোকপা ব্রাহ্মণশিংগী মকোক ওইবা মীতানা তাকপিবা মরম্না ভগবান্গী মহাভক্ত অমা ওইনা পৃথিবী শাসন তৌবা হৌথি । মহাক্না পোকপা মতমদা হৈরবা পাঞ্জি-গণকশিং ফাওথিবা মগুণ থিবিক্তো ফুকায়না মহাকম্ন শাসন তৌথি ।

নৈনরোল

মহারাজ পরীক্ষিৎ পোকপা মতমদা থঙ-হৈরবা ব্রাহ্মণ গণকশিংনা মহাক্না চেন্বা গুণ ময়ামদু ফাওরম্মী । মহারাজ পরীক্ষিৎ মহাভাগবত অমা ওইবনা গুণ থিবিক্তো অস্নম অস্নম উংলম্মী । চপচাবা গুণ হায়রবদুদি ভগবান্গী ভক্ত ওইববু হায়নৈ অদুগা চেন্বদা মতীক-চাবা অফবা গুণশিংদু মথঙ মথঙ চোংথোরকই । মহারাজ পরীক্ষিৎতো ভক্তি-শাস্ত্র থঙবদা নঙদা মহাক্কী আধ্যাত্মিক পাউতাক্না অতৈবুস্ন ভক্ত ওইহন্বা ঙম্বা মহাভাগবত (অচৌবা ভক্ত) অমা ওইরম্মী । মরমসিনা মহারাজ পরীক্ষিৎ উত্তমশ্রেণীগী ভক্ত অমা ওইরম্মী, মরমদুনা লৈঙাক্লোনগী মরমদা শাস্ত্রগী বা তাক্লুনা থঙহন্বা ঙম্বা লাইরীক-হৈবা ব্রাহ্মণশিংগা অমসুং মুনিঋষিশিংগা লোয়নননা বা তানরম্মী । অসিগুম্বা অচৌবা নিংথৌশিংদি হৌজিকালগী প্রজানা খন্বা শাসনকর্ত্তাশিংদগী হেন্না দায়িত্বশীল ওইরম্মী, মরমদি মখোয়না বেদ-শাস্ত্রগী বা ইন্দুনা শাস্ত্রকার মহাজনশিংবু পেলহল্লম্মী । অনৌবা আইন অমা য়াননবা থুদোংচাবা মতুং ইন্না শেমদোক-শেমজিন হন্না হন্না তৌবা চন্নবা-রাদবা অপঙবশিংদুদি

করিমত্তা কাল্লদে । মনু, যাজ্ঞবল্ক্য, পরাশর অমসুং অতৈ মুক্তাত্মা ঋষিশিংগুম্বা মহর্ষিশিংনা নিয়ম-নীতি লেংহনা থম্বিরম্লে, অদুগা লেংলম্বা বিধি-নিয়মশিংদু যুগ পুম্নমক্তা মকম খুদিংমক্তা চৎনবা য়াবা ঙাক্লি । মরমসিনা হায়রিবা বিধিনিয়মশিংদু ময়াম পূর্বগী ওইবা অদুগা ছিদ্র-লৈতবা ঙাক্লি । মহারাজ পরীক্ষিৎগুম্বা নিংথৌশিংগী বা তাল্লবা সভা-সমিতি লৈরম্মী, মদুগী সভ্য নত্রগা সদস্যদি মহর্ষিশিং নত্রগা মীপ্পোই-মীহেন্না লাইরিক হৈবা ব্রাহ্মণ ঙাক্তনি । মখোয় তলব লৌরমদে, ম.খায়দা তলব-তু থোইনা কাল্লরমদে। রাষ্ট্রনা চাদিং তিংদবমথৈ থৃাহগী হেন্‌বা পাউতাক ফংলম্মী । মখোয় লোইনমক মী-শা জীব লোইনমক্কী মকমদা চপ মান্নবা মীৎয়েংনা য়েংলম্বা সমদর্শী ঙাক্তনি । মখোয়না নিংথৌশিংদা মীওইবা জাতিবু ঙাকশেন্নু অদুগা গতি-লৈতবা শা-শলশিংবু হাৎলু হায়বা পাউতাক পীরমদে । অসিগুম্বা সভা-সমিতিগী সদস্যশিংদু অপণ্ডবা মীতা নৎলমদে অদুগা অপণ্ডবগী স্বর্গ অমা শেম্লবা মীহুং নৎলমদে । মখোয়দো আত্মা উপলব্ধি-তৌরবা মী ঙাক্লি অদুগা মখোয়দি রাষ্ট্রদা লৈন্নির জীবশিংনা করম্মা ইহলোক পরলোক অনীমক্তা করম তৌরগা মুংঙাইগনি হায়বদু নিঙথিনা খঙলম্মী । চাবা-থকপা হরাও-তয়াম্নগী লোইয়ে হান্নবা দর্শনগী বাদুগা মখোয়গা মরী লৈনরমদে । মখোয় দার্শনিক অশেঙবা হায়বদুমক্লি; মখোয়না মীওইবা পুন্সিগী উদ্দেশ্য করিনো হায়বদু খঙলম্মী । মরমদুনা নিংথৌগী পাউতাক লৌফম সভান। অচুম্বা পাউতাক ঙাক পীরম্মী অদুগা নিংথৌসু নত্রগা শাসন-পায়বা মকোকসু ভগবান্‌গী ভক্ত অমা ওইখনিনা রাষ্ট্রগী য়াইফনবগীদমক অফ-ফত্ত মুম্না খল্লগা পাউতাকশিংদু ইল্লম্মী । মহারাজ যুধিষ্ঠির অমদি মহারাজ পরীক্ষিৎখোয়গী মতমগী রাষ্ট্রদি থাঙ্গৈমক শেংবা প্রজাগী য়াইফনবা রাষ্ট্র হায়বদুমক্লি, মরমদি রাষ্ট্রদা মী খঙদে শা খঙদে কনামত্তনা মুংঙাইতবা য়াওরমদে । মহারাজ পরীক্ষিৎ প্রজাগী য়াইফনবা পৃথিবী-রাষ্ট্রগী আদর্শ রাজা (ফিদম্নফম নিংথৌ) অমা ওইরম্মী ।

শ্লোক ২

**স উত্তরস্য তনয়ামুপয়েম ইরাবতীম্ ।**
**জনমেজয়াদীংশ্চতুরস্তস্যামুৎপাদয়ৎ সুতান্ ॥২॥**

শব্দার্থ

সঃ—মহাক; উত্তরস্য—উত্তর মহারাজগী; তনয়াম্—মচাবেম্মা; উপয়েমে—লুহোংখি; ইরাবতীম্—ইরাবতীবু; জনমেজয়াদীন্ মহারাজ জনমেজয়নচিংব ; চতুরঃ—মরি; তস্যাম্—ইরাবতীদা; উৎপাদয়ৎ—পোকখি; সুতান্—মচা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহারাজ পরীক্ষিৎনা মহারাজ উত্তরগী মচাবেম্মা ইরাবতীবু লুহোংখি অদুগা মহারাজ জনমেজয়না চিংবা মচানুপা মরিথক পোকখি ।

নৈনরোল

মহারাজ উত্তরসি বিরাটকী মচানুপানি অদুগা মহারাজ পরীক্ষিৎকী মমাগা পোকমিন্নবা নামনি । ইরাবতীসি মহারাজ উত্তরগী মচানুপীনিনা মহারাজ পরীক্ষিৎকী মামনা পোকপা মচম থোকয়ি, অদুবু গোত্র ভিন্নত্রবদি নত্রগা যুম্নাক ভিন্নত্রবদি অন্নুম্মা থোল্লবা মচীন্নবাওশিংসে লোন-লৈনবা য়ারম্মী । বৈদিক নিয়মগী মতুং ইন্‌না লুহোংবদদি গোত্র নত্রগা যুম্নাকী বাসি য়াম্না চৎনৈ । হুত্তম্রা অর্জুনগী মামনা পোকপা ওইরবদু মীবু অর্জুনা লুহোংখি ।

জন্মেজয়—রাজর্ষি মরক্তা য়াওবা নিংথৌ অমনি অহুগা মহারাজ পরীক্ষিৎকী, অমা ওরা মচানুপানি। মমাগী মিংদি ইরাবতীনি; কনা করাগুম্বগী মত মতুং ইনা মাত্রবতীনি হায়। মহারাজ জন্মেজয়গী, জ্ঞাতানীক অহুমা শঙ্কুকর্ণ কৌবা মচানুপা অনী পোকখি। মহাক্না কুরুক্ষেত্র তীর্থদা যজ্ঞ কয়ামুক তৌখি, মহাকী শ্রুতসেন, উগ্রসেন অমসুং অনীশুবা ভীমসেন কৌবা মনাওনুপা অহুম লৈরম্মী। মহাক্না, তক্ষকা (অজগর) লৈবাক্তা লান্দাখি অহুমা মহাকী মপাবুংগো পরীক্ষিৎকা নিয়ম কায়না শাপ তৌখিবগী লমন খুমগে হায়না লেপখি। মপাবু চীকখিবা তক্ষক য়াওনা লিনগী শাগৈ পুম্নমকপু হাৎননবা সর্পযজ্ঞ (লিন-যজ্ঞ) কৌবা যজ্ঞ অমা তৌখি। মতীক-ময়াই-চেন্না লাইয়াম অমসুং ঋষিশিংনা হায়জবদগী লিল্-হাৎপগী বারেপ্ত তোকখি, অদুমকপু যজ্ঞ তোক্লবসু যজ্ঞগীদমক লাক্লম্বা মী খুদিংমকপু মনা-মথুম পীদুনা পেনহল্লম্মী। থৌদোক্তুদা মহামুনি ব্যাসদেবসু য়াওরম্মী; জন্মেজয় নিংথৌগী মমাংদা কুরুক্ষেত্রবুগী বান্নীদু মশামক্না লৌখি। মতুংদা ব্যাসদেবগী য়াথং মতুং ইনা মহাকী শিষ্য বৈশম্পায়ন মুনিনা নিংথৌগী মমাংদা মহাভারত লৌখি। জন্মেজয় মহারাজদু মপাবুং মহারাজনা ওস্তা নোংগাখি-বদুদা মথবাই য়াম্না শোকখি অমসুং মপাবুংবু অমুক হন্না উনীংখি, বাফমদু মহাক্না ব্যাসদেবদা হঙ্ংলম্মী। ব্যাসদেবসু নিংথৌগী অনীংবদু থুংহনখি। মপাবুংগোদু মমাংদা লেংঙক্তুনা লেপ্লম্মী; মহাক্না মপাবুং অমসুং ব্যাসদেব অনীবু সম্মানগা লোয়ননা মহাধুমধাম তৌদুনা পূজা তৌখি। মপুং ফানা পেন্জরদুনা জন্মেজয় নিংথৌনা যজ্ঞদা য়াওরম্বা ব্রাহ্মণশিং অথাকপা লৈতনা দক্ষিণা কংখি।

শ্লোক ৩

**আজহারাশ্বমেধাংস্ত্রীন্ গঙ্গায়াং ভূরিদক্ষিণান্।**
**শারদ্বতং গুরুং কৃত্বা দেবা যত্রাক্ষিগোচরাঃ ॥ ৩॥**

শব্দার্থ

আজহার—তৌরম্মী; অশ্বমেধান্—শগোল-হাৎপা যজ্ঞ; ত্রীন্—অহুম; গঙ্গায়াম্—গঙ্গা-তোর্বান্দা; ভূরি—মরাঙ কায়না; দক্ষিণান্—দক্ষিণা; শারদ্বতম্—কৃপাচার্য্যবু; গুরুম্—গুরু; কৃত্বা—হাপ্লগা; দেবাঃ—দেবতাশিং; যত্র—মফমদুদা; অক্ষিগোচরাঃ—মীৎনা উরম্মী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহারাজ পরীক্ষিৎনা কৃপাচার্য্যবু গুরু হাপ্লগা গঙ্গা তোর্বান্দা অশ্বমেধ যজ্ঞ অহুম তৌখি। যজ্ঞ-য়াওবা মীশিংদা দক্ষিণা মরাঙ কায়না তৌখি। যজ্ঞদুদা দেবতাশিংবু উবা ফংখি।

নৈনরোল

গ্রহলোক অমদগী অমদা অরাংবা গ্রহলোকবাসীশিংনা কোয়চং চংপদু য়াম্না লায়রম্মী হায়বদু নৈনরিবা শ্লোকসিংগী খঙ্গবা ওম্মী। পৃথিবীগী নিংথৌ অমদি নিংথৌরেনশিংনা তৌবা যজ্ঞ য়াওননা স্বর্গলোকগী দেবতাশিংনা মর্ত্যলোকসিদা তৎকনা লাক্লই হায়বগী বা ভাগবতমুগী উক্তি কয়াদা ঐখোয়না উই। পরীক্ষিৎ মহারাজনা তৌরা অশ্বমেধ যজ্ঞসিদসু গ্রহলোক অতৈদগী লাকপা দেবতাশিংবু মীচমশিংনসু উবা ফংঙী হায়বসু নৈনরিবা শ্লোকসিদগী ঐখোয়না খঙ্গী। মীচম-মীয়াম্না ভগবানবু উবা ফংদবগুম্না দেবতাশিংবুসু উবা ফংদবনি। ভগবান্না কৃপা তৌবিদুনা মীচম-মীয়াম্না উবা ফংনমবা নোংগুম্বিকপগুম দেবতাশিংসু কৃপা তৌবিগে হায়রবদি মীচমশিংদা মখোয় মখোয়গী মশাবু উৎলে। স্বর্গলোকবাসীশিংসে মর্ত্যলোকবাসী মীওইবগী উনবা-মীৎনা উবা ফংজরবসু

মহারাজ পরীক্ষিৎকী প্রভাবতগী দেবতাশিংনা মথোয়বু মীচমশিংনা উবছু য়াবিরম্বনি। নিংথৌশিংনা অসিগুম্বা যজ্ঞ তৌবদা নোংনা ঈশীং য়েন্‌বগুম্না মরাক কায়না চাদিং তৌরম্মী। নোংমক হায়বসে ঈশীং মওং অমনি, অমরোমদা হায়রগা, পৃথিবীগী ঈশিংনা নোং শুন্‌বনি। মতৌ অদুগুম্না, নিংথৌশিংনা অসিগুম্বা যজ্ঞদা তৌথোক্লিবা দানগী শেল অসি প্রজাদগী খোমগৎপা খাজনাগী মওং অমনি। অদুবু, নোং মরাক কায়না চুরগা চঙগদবদগী হেন্দোকপা মান্‌বগুম নিংথৌশিংনা তৌরিবা দান অসি প্রজাশিংগী চঙগদবা শেন্দাদগী হেন্দোকপা মান্নী। অদুম্না পেন্নবা প্রজাশিংনা নিংথৌগী মথক্তা আন্দোলন কদৌঙৈদসু তৌরমদে, মরমদুনা নিংথৌ-পান্‌বা রাজ্যদু হোংদোকপগী কাম্নবা লৈরমদে।

মহারাজ পরীক্ষিৎকুম্বা নিংথৌগী কাওবা লমজিংবিনবা গুরু অমা চঙলম্মী। অসিগুম্বা লমজিং-লমতাক্ য়াওগ্রগদি পারমার্থিক জীবন-দা চাওখৎপা ঙম্মোই। গুরুদু অশেঙবা সৎগুরু ওইগদবনি; কনাগুম্বনা আত্মা উপলব্ধি তৌ:গে নীঙলবদি মঙ্গল ওইননবা হায়দুনা সৎগুরু অমগী নাক্তা চঙজগদবনি।

শ্লোক ৪

**নিজগ্রাহৌজসা বীরঃ কলিং দিগ্বিজয়ে ক্বচিৎ।**
**নৃপলিঙ্গধরং শূদ্রং ঘ্নন্তং গোমিথুনং পদা॥ ৪॥**

শব্দার্থ

নিজগ্রাহ—দণ্ড পীরম্মী; ওজসা—মথৌনানা; বীরঃ—অথৌবা; কলিম্—যুগসিগী মপু কলিবু; দিগ্বিজয়ে—পৃথিবী জয় তৌগে হায়না লেঙবদা; ক্বচিৎ—মতম অমদা; নৃপলিঙ্গধরম্—নিংথৌগী বেশ শেংপা মী; শূদ্রম্—জাৎ অতোন্‌বা; ঘ্নন্তম্—কাওরম্বা; গোমিথুনম্—শল লাব' অমোম অনীবু; পদা—খোঙনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতম অমদা মহারাজ পরীক্ষিৎনা পৃথিবী জয় তৌবগী লেঙথিবদা শূদ্রদগী হেন্না তোন্‌বা কলিনা নিংথৌগী বেশ শেংলগা শল লাবা অমোম অনীগী মখোঙদা কাওরম্বদু উরম্মী। নিংথৌনা মপাজল উৎলগা কলিবু দণ্ড পীরম্মী।

নৈনরোল

নিংথৌনা পৃথিবী জয় তৌবা চৎপদি মশাগী অচাওবম কাননবা নত্তে। মহারাজ পরীক্ষিৎনা কম্বাল তোংলবা মতুংদা দিগ্বিজয় তৌবা লেঙলম্মী, মহাক্না লেঙলম্বদো অতৈ রাজ্যগী মথক্তা লান্দাগে হায়বগীদমক নৎলম্দে। মহাক পৃথিবীগী নিংথৌরেন্নি অদুনা রাজা মচামথৈ মাগী মথাদা লৈরম্মী। মহাক্না দিগ্বিজয় লেঙলবগী মরমদি লাইগী ওইবা রাষ্ট্র অমা ওইনা লৈকম খোকপদা মতৌ করম তৌরিবগে হায়বদু য়েংবগীদমক্নি। নিংথৌদি ভগবান্‌গী মহুৎ ওইবনিনা ভগবান্‌গী অনীঙবদু চপচানা পাঙথোকপদবনি। অদুনা নিংথৌনা মশাগী অচাওবা থিবগী মাকম লৈতে। মরমদুনা, শূদ্র অমনা নিংথৌগী বেশ শেংলগা শল লাবা অমগা অমোম অমগগী মখোঙদা য়ৈরম্বদু হেক উবগা মহারাজ পরীক্ষিৎনা মাবু কাপগা দণ্ড পীখি। খ্রাইদগী হেন্না কাম্নবা শল অমোমদা শাখিনা তৌবদু নিংথৌনা খাঙবা ঙমদে। অদুগা খ্রাইদগী হেন্না কাম্নবা মী ওইবা ব্রাহ্মণ হায়বদুদা ঈকায়বা পীবদু নিংথৌনা খাঙবা ঙমদে। মীওইবগী সভ্যতা হায়বদুদি ব্রাহ্মণ্য কৃষ্টিবু চাওখৎহন্‌বা হায়বদুবুনি। সভ্যতাসি

ওয়ারোলুকথোকপগীদমক শল অমোত্তম্বু ভাকপা তাই। শঙ্গোমদা অণ্ডকপা অমা য়াওরি, মত্থদি অবাংবা থবক পাওখোরুবগীদমক মীওইবগী হকচাংগী কীভম কায়দনবা থম্বদা চওগদবা পোংলম ভিটামিন পূয়মক শঙ্গোমদা পুল্লপ ভিন্দুনা য়াওরি। মীওইবনা সাত্ত্বিকগুণ চেন্নবা শিক্ষা ফংলবা মতমমতুদা ব্রহ্মণ্য কৃষ্টি চাওখৎকদবনি; মত্থগীদমক মরু-ওইবা চঙদবা-য়াদবা চীঙ্গাক্তি শঙ্গোম, উহৈং অমসুং চেণ্ড-হবাইনচিংবনা শাবা চীঙ্গাক্তুনি। মীওইবগী সমাজদা খ্বাইদগী হেন্না কান্নরবা শল অমোম অমবু নিংথৌগী বেশ শেংলগা কুচু-মুবা শূদ্র অমনা থীনা তৌরম্বত্থু উবদা মহারাজ পরীক্ষিৎ পুণ্ডক ওক্লম্মী।

কলিযুগ হায়বদি থবক শেরান-তুরান্ শীন্বা অমসুং থৎনবা হায়বত্থুনি। পুব্বীগী অবাংবা আশা করিনো খণ্ডবা অত্থুগা শূদ্রগী পুকচেল-চেনবা মতীক-চাদবা মীওানা রাষ্ট্রগী শাসন পায়বদগী শেরান-তুরান্ থবক শীন্বা অমসুং থৎনরিবসিগী মরম্নি। অসিগুম্বা মীতানা নিংথৌগী ফম পায়রবদি শল অমোত্তু ফু-য়ৈবা অত্থুগা ব্রহ্মণ্য কৃষ্টিবু তাথীনা তৌবনা সমাজবু নরকী লমদা ইন্থ্রই। মহারাজ পরীক্ষিৎনু জগৎতা থৎন-চৈনবা পুম্বগী মরু করিনো হায়বত্থু খঙলম্বনিনা মত্থু হৌগৎলকপদা কোকহন্বা পাম্নমী।

## শ্লোক ৫

**শৌনক উবাচ**
**কস্য হেতোর্নিজগ্রাহ কলিং দিগ্বিজয়ে নৃপঃ।**
**নৃদেবচিহ্নধৃক্ শূদ্রকোঽসৌ গাং যঃ পদাহনৎ।**
**তৎকথ্যতাং মহাভাগ যদি কৃষ্ণকথাশ্রয়ম্ ॥ ৫ ॥**

### শব্দার্থ

শৌনকঃ উবাচ—শৌনক ঋষিনা হায়রম্মী; কস্য—করিগী; হেতোঃ—মরমগী; নিজগ্রাহ—মতীক চানা দণ্ড পীরম্লিবনো; কলিম্—কলিবু; দিগ্বিজয়ে—পৃথিবী জয় তৌবগী চৎপদা; নৃপঃ—নিংথৌনা; নৃ-দেব—নিংথৌগী; চিহ্নধৃক্—খুদম্-লৈতেং তৌরবা; শূদ্রকঃ—শূদ্রলক্তগী অতোন্বা; অসৌ—মহাক; গাম্—শল অমোত্তু; যঃ—মহাক্না; পদা—খোঙনা; অহনৎ—কাওরম্মী; তৎ—মত্থু; কথ্যতাম্—লীবিয়ু; মহাভাগ—হে লাইবক ফবা; যদি—বদি; কৃষ্ণ—কৃষ্ণগী; কথা আশ্রয়ম্—য়াগা মরী লৈনরবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শৌনক ঋষিনা হংলম্মী—শূদ্রলক্তনু খ্বাইদগী হেন্না তোল্লবা কলিনা নিংথৌগী ফিজেৎ-লৈতেং তৌরগা শল অমোম অমবু খোঙনা কাওরুবদা করিগীদমক মহাকপু পরীক্ষিৎ মহারাজনা দণ্ডিতমক পীরম্লিবনো? য়াত্থুনা কৃষ্ণগী মরী লৈনরবা ওইরবদি মত্থুগী য়ারী লীবিয়ু।

### নৈনরোল

ধর্ম্ম-চেন্বা মহারাজ পরীক্ষিৎনা কলিবু দণ্ডিতমক পীরম্বা হাংপদি হাংলমদবা য়াত্থু তাবদা শৌনক-নচিংবা ঋষিশিংনা ওক্লম্মী। মসিনা ভাকপবু, ধার্ম্মিক মহারাজ পরীক্ষিৎনা নিংথৌ শাত্থুনা ময়াম্বু লৌনম্নিঙলম্বা অত্থুদগী হেন্দোক্তুনা খ্বাইদগী হেন্না পবিত্র ওইরবা শল অমোত্তু ঈকায়বা পীরম্বা অরান্বা কলিবু খুদক্তা হাংতোকপা চুম্বনি। কলিযুগনা অত্থুম চওশল্লরুবদা শূদ্রলক্ত-কাওবা খ্বাইদগী তোল্লবা মীবু শাসন কর্ত্তা ওইনা প্রজানা খল্লরগনি অত্থুগা শল অমোম হাংননবা শাহাং-শঙ লিংলরগনি হায়বসি মতমমত্থুগী ঋষিশিংনা খল্লমদে। অত্থুম ওইনমক, মীনমশোরিবা অত্থুগা

শল অমোম অমসু ওৎপা শূদ্রগী বারীছু ঋষিশিংগী মকমদা থোইনা ভানিংবদ ওইবা বা নমজদ্রবসু থোৌদোকুনা কৃষ্ণগা মরী লৈনরবোইদি হায়দুনা বারী ভাগে হায়রম্লিবনি। মথোয়না থবাই য়াওরম্বগি কৃষ্ণগী মিথয়দদনি, মরমদি কৃষ্ণগী বারীগা মরী লৈনরবদি বারীছু শ্রবণ তৌথদা মতীক চায়। ভাগবতমদা সমাজগী, রাজনৈতিগী, অর্থনীতিগী, কৃষ্টিগী মকমদা বারী য়ায়া য়াওরি, অদুবু বারীশিংছু কৃষ্ণগা মরী লৈনবা ওাক্লি। মরমদুনা মখোয়ছু শ্রবণ তৌজা মতীকচাবা বারী ওাক্লি। বারীশিংছু যাহা এমা অমসু ওইরবসু কৃষ্ণনা বারীছুবু পবিত্র ওইহল্লবা মচাক্লি। প্রাকৃত জগতগী লৈবা পোৎ থুদিংমক প্রকৃত গুণ অহুমদগী থোকপা ওাক্লিনা পবিত্র নত্তে। ওইহল্লবা পোৎতি কৃষ্ণতনি।

শ্লোক ৬

**অথবাস্য পদাম্ভোজমকরন্দলিহাং সতাম্।**
**কিমন্যৈরসদালাপৈরায়ুষো যদসদ্ব্যয়ঃ॥ ৬॥**

শব্দার্থ

অথবা—নত্রগা; অস্য—মহাক্কী (শ্রীকৃষ্ণগী); পদ-অম্ভোজ—খোঙ-থম্বাল; মকরন্দ-লিহাম্—(অসিগুম্বা থম্বালগী) থোইহী লেক্পশিংবী; সতাম্—ভক্তশিংগী (নিত্তা ওইনা লৈবশিংগী); কিম্—করি; অন্যৈঃ—অতৈ; অসৎ—ওইদবা (মায়াগী); আলাপৈঃ—য়ান্নীনা; আয়ুষঃ—পুন্সি-লীশাঙগী; যৎ—মদু; অসৎ-ব্যয়ঃ—করিসু কান্নদবা পুন্সিগী মতম মাঙহনবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ভগবদ্ভক্তশিংদি ভগবান্গী খোঙ-থম্বালগী থোইহীদুদা লেকপদা হৈনরবা ওাক্লি। মমল-য়াম্নবা পুন্সিগী মতম মাঙহনবদা ওইবা বিষয় অতৈনা করি কারগনি?

লৈনরোল

ভগবান্ কৃষ্ণ অমদি মাগী ভক্তশিংদি লোইনমক দিব্য ওইবা থাক্তা লৈবনি, মরমদুনা শ্রীকৃষ্ণগী অমসুং মাগী ভক্তশিংগী বারীদি চপমান্নবা ফবনি। কুরুক্ষেত্র যুদ্ধদি রাজনীতি অমসুং কুটনীতিনা থনুবনি, অদুবু বিষয়শিংছু শ্রীকৃষ্ণগা মরী লৈনবনিনা ভগবদ্গীতাবু পৃথিবী পুম্বনা লুমা তৌনৈ। সংসারীশিংগী মকমদদি সংসারগী ওইবা রাজনীতি, অর্থনিতি, সমাজতত্বনচিংবা বিষয়শিংসি মুখৎলুবগী করিসু কান্নবা লৈতে। ভগবান্গা মরী লৈনম্নবা সৎভক্তশিংগী মকমদদি অসিগুম্বা সংসারগী ওইবা বারীশিংসে শ্রীকৃষ্ণগা নৎত্রগা মাগী ভক্তশিংগা মরী লৈনরবদি লোইনমক দিব্য ওাক্লি ঐখোয় পাণ্ডবশিংনা তৌরম্বা থবকশিংগী বারী ইনাকোঙনা তাদুনা ওাওনৈ-নৈনগ্রে; হৌজিক্লা মহারাজ পরীক্ষিৎকী থাবম নৈনম্নি, অদুবু বা পুম্নমক্তে শ্রীকৃষ্ণগা মরী লৈনবনিনা দিব্য ওাক্লি, অদুনা সৎভক্তশিংমো বারীশিংছু শ্রবণ তৌনীওউ। বাক্যসি ভীষ্মদেবগী স্তোত্রশিংগী মতাঙদা নৈনম্রে।

ঐখোয়গী পুন্সি-লীশাঙসে য়াম্না শাংদে, অদুগা মথওগী খোঙকম্নীদমক লৈজবা পুথা থাদোকউ হায়না ঐখোয়দা কদোউৈ য়াবংলল্লদগে হায়বসু ঐখোয় থওদে। অদুনা কৃষ্ণগা মরী-লৈনদবা বিষয়দা ঐখোয়গী পুন্সিগী শীংকুপ অমত্তকাওবা মাঙদনবা য়েংবনা ঐখোয়গী ইথৌজি। অমকা তুংওাইরবসু কৃষ্ণবু মরী লৈনত্রবা বারুদি ভাকম থোক্তে।

ভগবান্ কৃষ্ণগী নিত্যধাম গোলোক বৃন্দাবন হায়বা দিব্যলোক অদুদি থম্বাল মগুম অমগী মওংগুম্বনি। ভগবান্না প্রাকৃত ব্রহ্মাণ্ডশিংগী অমদা নোংগুম্নকপা মতমদা মহাক্না নিত্যধামদুগা লোয়ননা আবির্ভাব তৌয়ি। মরমসিনা মাগী শ্রীচরণ অদু মতম লৈরা থিবিক্তা থম্বালমকাগী মশক ওইবা ধামদুদা অদুম নেৎথুন্না লৈ। মাগী শ্রীচরণ অনীদু লৈরাং থম্বালগুম্না মফজে। মরমদুনা শ্রীকৃষ্ণগী খোঙদি থম্বাল্লি হায়রিবনি।

জীবদি মাগী স্বরূপ য়েংলগা হায়বা তারবদি নিত্যনি। মহাক্না পোক্ন-শির, শির-পোক্ন তৌবদি প্রাকৃত শক্তিগা হায়বদি মায়াগা শম্নবদগীনি। প্রাকৃত শক্তিসিগী মথৃক্তগী নাম্থোক্নগা জীবনা মুক্ত ওই অদুগা কৃষ্ণনাক মরান্নয়াইদা হন্বা য়াগদবনি। মতমপুম্বদা মশাগী দেহ থাদোক্লবমখৈ হিংদুনা লৈনীঙলবা মীদি কৃষ্ণ অমসুং মাগী ভক্তগা মরী লৈনরবা ক্ষিয়ব নত্তবদা মখোয়গী মমল য়াম্লবা মতমদু মাঙহল্লোইদবনি।

শ্লোক ৭

**ক্ষুদ্রায়ুষাং নৃণামঙ্গ মর্ত্ত্যানামৃতমিচ্ছতাম্।**
**ইহোপহূতঃ ভগবান্ মৃত্যুঃ শামিত্রকর্ম্মণি॥ ৭॥**

শব্দার্থ

ক্ষুদ্র—য়াম্না পীকপা হায়বদি য়ামদবা; আয়ুষাম্—পুন্সী-লীশাঙগী; নৃণাম্—মীওইবশিংগী; অঙ্গ—হে সূত গোস্বামী; মর্ত্ত্যানাম্—শোয়দনমক শিগদবা; অমৃতম্—নিত্যওইবা পুন্সি; ইচ্ছতাম্—পাম্লিবা মীশিংগী; ইহ—অসিদা; উপহূতঃ—লৈরো লাও হায়না কৌরবা; ভগবান্—ভগবান্গী মতুং ওইরিবা; মৃত্যুঃ—শিবগী লাই, যমরাজ, শামিত্র—নম্থনবা; কর্ম্মণি—থবক।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে সূত গোস্বামী, মীওইবলক্তা শিনীঙদবা অসুম্ন হিংদুনা লৈনীংবা মী কয়া য়াওরী। মখোয়না শিবগী লাই যমরাজবু কৌরগা শিবদগী নাম্থোকয়ি।

নৈনরোল

জীবনা অতোন্বা শা-ঙাগী পুন্সিদগী হৌরগা রাংখৎপা মীওইবগী পুন্সীদা কাখৎলক্নগা অমুক জ্ঞানগী থাক্তা অসুম অসুম লাকপদুনা শিবগী থায়াঙগী লাম্থোক্নীংবনা খোম্নরাংলকয়ি। আধুনিক বৈজ্ঞানিকশিংনা হৃকচাঙ অমসুং রসায়নগী জ্ঞান চাওখৎলগা শিদনবা হোৎনৈ; অদুবু করি হায়রনি শিবগী লাই যমরাজনা কয়ামুক মুংশিহৈতবগে হায়ববু বৈজ্ঞানিকদুমকী মথৱাইহৃদদি থাকে হায়রদে। বিজ্ঞানগী মপান্না শিবা থিংনবগী রা পুথোরক্লিবা বৈজ্ঞানিক মশামকসু যমরাজনা কৌরবা মতমদা অদুম মশিরি। শিবা থিংবগী রাদি থমপ্রদুনা পুন্সি মতমগী লীশাঙদু মীৎকূপ অমফাওবা শাংথ-হন্বা কনাসু ঙমদে। যমরাজনা জীববু শিহন্নবা খোৱাঙ থিংগে হায়বগী অমতা ঙায়বা আশাদি যমরাজবু ভগবান্গী নাম শ্রবণ তৌরো অমসুং শোল্লো লাও হায়না কৌবদুতনা ওইগদবনি। যমরাজদি ভগবান্গী ভক্ত অচৌবা অমনি অদুনা মহাকপু ভগবান্গী সেবাদা পুন্সিবা শুদ্ধ ভক্তশিংনা কীর্ত্তন অমসুং যজ্ঞশিংদা নিমন্ত্রণ তৌরকপা অদু মহাক্না পামজৈ। মরমদুনা শৌনকনচিংবা মহর্ষিশিংনা যমরাজবু নৈমিষারণ্যদা তৌরম্বা যজ্ঞদা য়াওরনবা নিমন্ত্রণ তৌরম্মী। মসি শিনীঙদবা মীগীদি অকবনি।

শ্লোক ৮

**ন কশ্চিন্ম্রিয়তে তাবদ্ যাবদাস্ত ইহান্তকঃ।**
**এতদর্থং হি ভগবানাহূতঃ পরমর্ষিভিঃ।**
**অহো নৃলোকে পীয়েত হরিলীলামৃতং বচঃ ॥ ৮ ॥**

শব্দার্থ

ন—নত্তে; কশ্চিৎ—কনামত্তা; ম্রিয়তে—শিয়ে; তাবৎ—মতম অদ্বুক্তী মখৈ; যাবৎ—মতম অদ্বুক্তী মখৈ; আস্তে—লৈ; ইহ—মফমসিদা; অন্তকঃ—পুন্সি লোইহনবা মহাক (যম); এতৎ—মসি; অর্থম্—মরম্না; হি—লেপ্পমক; ভগবান্—ভগবান্গী মহুৎ; আহূতঃ—নিমন্ত্রণ তৌয়ি; পরম-ঋষিভিঃ—ঋষি অথোইবশিংনা; অহো—হায় হায়; নৃলোকে—মীওইবলক্তা; পীয়েত—থকসনু; হরিলীলা—ভগবান্গী লীলা; অমৃতম্—শিদহীদাক; বচঃ—বাহৈশিং।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মীপুম খুদিংবু শিহল্লিবা যমরাজনা মফমসিদা লৈরিবা মতমদ্বুমখৈ কনামত্তা শিরোই। মহর্ষিশিংনা ভগবান্গী প্রতিনিধি যমরাজ হায়বা শিবগী লাইবু নিমন্ত্রণ তৌরম্মী। মাগী খুত্নমদা চনগ্রবা জীবশিংনা ভগবান্গী লীলাগী মশক ওইবা অমৃতবু (শিদহীদাকপু) শ্রবণ তৌবগী তাঞ্জাসি লৌহোগদবনি।

নৈনরোল

মীওইবা খুদিংনা শিবগা মায়োক্নবা পামদে, অদুবু শিবদগী করম্না নাম্বোক্নদগে হায়বদি খঙদে। শিবদগী নাম্বোকে হায়বগী শূকশোয় শোয়দব পাম্বৈদি শ্রীমদ্ভাগবতম্দা পরেং চুম্না লীরিবা হরি-লীলামৃতম্সি শ্রবণ তৌবদা হৈনবা অদুনি। মবমদুনা নৈনরিবা শ্লোকসিদা হায়রি মদুদি—কনাগুম্বা মী অমনা শিবদগী নাম্বোকনীংলবদি শৌনকনচিংবা ঋষিশিংনা য়ারম্বা পুন্সি মরেল অসি লেনগদবনি।

শ্লোক ৯

**মন্দস্য মন্দপ্রজ্ঞস্য বয়ো মন্দায়ুষশ্চ বৈ।**
**নিদ্রয়া হ্রিয়তে নক্তং দিবা চ ব্যর্থকর্মভিঃ ॥ ৯ ॥**

শব্দার্থ

মন্দস্য—অতনবা মীগী; মন্দ—বাৎপা; প্রজ্ঞস্য—বুদ্ধিগী; বয়ঃ চহীমত্তাং; মন্দ—তেনবা; আয়ুষঃ—পুন্সি-লীশাঙগী; চ—অমসুং; বৈ—চপচানা; নিদ্রয়া—নিদ্রানা (তুম্বনা); হ্রিয়তে—লৌগ্নে; নক্তম্—অহিং; দিবা—অয়ুক-সুংথিল; চ—অমসুং; ব্যর্থ—অরেম্বা; কর্মভিঃ—থবক্না।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

বুদ্ধি-বাৎপা অমসুং পুন্সি-তেনবা অতনবা মীশিংনা অহিংগী মতমু তুমদুনা লেগ্নী অদুগা অয়ুক-সুংথিলদনা অরেম্বা থবক কয়া তৌদুনা লেগ্নী।

নৈনরোল

মীওইবা মপোক্নী থাক্লৈশেংবা মমল করিনো হায়বদু বুদ্ধিবাৎপা মীশিংনা খঙদে। জীবশিংদা প্রকৃতিগী নাম্বোক-য়াদবা নিয়ম শীজরকপা মতাঙদা মীওইবগী মূর্তি পীরিবসি প্রকৃতিগী খুদোল থোইদোকপা অমনি। হন্না পোক হন্না শি তৌবা সংসারগী লাংদগী নাম্বোক্নবা পুন্সিগী বর অমা কংনবগী

তাজ্জা অবনি মীওই মপোন্নে। বুদ্ধি-লৈবা কাওবুনা লাং অসিদগী লাখোরুবা হায়রবনা য়াম্না কন্না হোৎনরগা প্রকৃতিনা পীবা খুদোলসিংবু লুনা তৌরি। তৌইশুবমসুং বুদ্ধি-বাংপা মীশিংদি অতল-লাই চুই অমসুং প্রকৃতিগী লাংদগী নাখোরুবগী উপায় ওইনা পীরকপা মখোয়গী হকচাঙগী মশক ওইবা খুদোলসিংগী মমল কয়া য়াম্বনো হায়রবন্থ খওদে; শেল-থুমগী চাওখৎনবা থবকশিংদা মথবাই য়াওশল্লী অমসুং তুংকোইদবা হকচাঙগী ইন্দ্রিয়শিংগী পেন্নবগীদমক্তা পুন্সি চুপ্পা কন্না নোম্মী। ইন্দ্রিয়গী ভোগ হায়বসিদি মীদগী হুববা শা-শলগীসু প্রকৃতিনা কংহল্লী; মতৌ অহুগুম্বা মীওইববুসু নহান্‌মুক্তী মপোক্তা অমসুং হন্দক্তী মপোক্তা তৌবা কর্ম্ম মতুং ইন্না ইন্দ্রিয়-পেন্‌বসি কংহল্লী। অদুবু ঐখোয়না খওগদবদি ইন্দ্রিয়-সুখ হায়বসিনা পুন্সিগী অয়োবী পান্দম নত্তে হায়বসিনি। নৈনরিবা শ্লোকসিদা হায়রি— অয়ুক-সুংখিন্দা করিসু কান্নদবা থবক ওাক্তা শুদুনা মতম লেল্লী মরমদি মখোয়গী পুন্সি পান্দমদি ইন্দ্রিয়সুখ নত্তনা অতৈ করিমতা নত্তে। অচৌ-অচৌবা সহরদা অদুগা শিল্প-লিংবা সহর-মচাশিংদা মীওইবনা করিসু কান্নবা লৈত্তনা থবক করম্না শুরি হায়বদু ঐখোয়না উবা ফংঙী। মীওইবগী শক্তিনা পোৎ কন্না শাদুনা পুখোরক্লি, অদুবু পোৎশিংদুদি ইন্দ্রিয়গী মুংঙাইনবগীদমক্লি মায়া-লাংদগী লীংখোল্লবা নত্তে। অয়ুক-সুংখিন্দা থবক কন্না শূরগা চোকথরবা মীদুনা অহিংদা তুমদুনা নত্রগা সুপীগা লোয়নদুনা লৈখোকরি। মদুনি বুদ্ধি-বাংপা মীশিংগী সভ্যতাগী থৌরমদি। মরমদুনা মখোয় বু শ্লোকসিদা অতন্‌বনি, লাইবকথীবনি অমসুং পুন্সি-তেন্‌বনি হায়রিবনি।

শ্লোক ১০

সূত উবাচ
যদা পরীক্ষিৎ কুরুজাঙ্গলেঽবসৎ
কলিং প্রবিষ্টং নিজচক্রবর্ত্তিতে।
নিশম্য বার্ত্তামনতিপ্রিয়াং ততঃ
শরাসনং সংযুগশৌণ্ডিরাদদে॥ ১০॥

শব্দার্থ

সূতঃ উবাচ—সূত গোস্বামীনা হায়রম্মী; যদা—মতমদুদা; পরীক্ষিৎ—মহারাজ পরীক্ষিৎ; কুরুজাঙ্গলে—কুরুজাঙ্গলদা, অবসৎ—লৈরম্মী; কলিম্—কলিযুগগী খুদম ময়াম; প্রবিষ্টম্—চঙলক্লম্বা; নিজচক্রবর্ত্তিতে—মানা ওাক্লম্বা লৈবাক্তা; নিশম্য—অস্নুম্না নাকোঙনা তারদুনা; বার্ত্তাম্—পাও; অনতিপ্রিয়ম্—য়াম্না নুংঙাইতবা; ততঃ—অদুগী তুংদা; শরাসনম্—লীরুং তেন; সংযুগ—তাজ্জা ফংলদুনা; শৌণ্ডিঃ—লান্নাবা; আদদে—পারখৎলম্মী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সূতগোস্বামীনা হায়রম্মী—লাল হৈবা মহারাজ পরীক্ষিৎনা কুরুজাঙ্গলদা মাগী লাম্পীনা কোয়-শন্দুনা লৈবা মতমদা কলি চঙলকপগী পাও তারম্মী; য়াম্না নুংঙাইতবা পাওসি হেক তাবগা কত্তবা মীবু বারক্তে হায়বগীদমক লীরুং-তেন পরীক্ষিৎনা পায়খৎখি।

নৈনরোল

মহারাজ পরীক্ষিৎকী লৈপাক ওাকপদু কয়ামুক মরীক চুন্নবগে হায়ববু মহাক কোমুংদা পুক্লীং লৈতানা কনদুনা লৈরম্মী। অদুবু মহাক্তী লৈবাক্তা কলিযুগগী খুদম কয়া ফুং-ফুং কাওজল্লক্লে হায়বগী পাও মনাকোঙনা তারম্মী। পাওদু মঙোন্দা য়াম্না নুংঙাইরমদে। কলিযুগগী খুদমদি করি করিনো?

মথোয়ছিদি—(১) খুপা-খুপীনা লোন্জা চাবা; (২) শা-ঙা চাবা; (৩) নিশা-চাথা-থকপা; (৪) জুয়া শান্নবা—অসিনি। কলিযুগগী শব্দার্থদি থংনবগী যুগ হায়রবনি অমসুং মথক্ত পল্লিবা খুদম ময়িংসি মীওইবগী সমাজদা থংনবা মথল পুম্নমক্কী হৌয়ককল্লি। মাগী রাজ্যগী মী খরনা কলিগী খুদম ওইবা শাক্তংশিংসি চংলে হায়বা মহারাজ পরীক্ষিৎনা তারম্মী, অদুনা মথোয়দু মুংথংপা পামখি। মপাওসি মঙোন্দা মুংঙাইরম্বা পাও নত্তে, অদুবু অমরোমদা থজুগা মুংঙাইরম্মী মরমদি মহারাজ পরীক্ষিৎনা লাল তৌবগী সুযোগ অমা ফংখি। অপীক-অপীকপা রাজ্যশিংগা লান্থেংনজনবদু রাজগী মরমদি রাজ্য খুদিংমক মাগী মথাদা শান্তিদা লৈরম্মী, অদুবু কলিযুগগী মীকন্তশিংনা মাগী লান্থেংনীওবা শুকচেলদু উংনবগী খুদোংচাবা অমা পীরম্মী। চপচানা ওইরিবা ক্ষত্রিয়-মচা নিংথৌদি মতম পুম্বদা লালগী সুযোগ অমতং ফংবদা শান্নরোইশিংনা শান্নবগী শীঙনবা অমতং হেক ফংবদা হুরাওবগুম্ হুরাওল্লি। কলিযুগদদি অসিগুম্বা খুদমশিংসি ওইরগনি হায়না হান্ননা লেপ্তুনা লৈরবনি। অদু ওইরবদি খুদমশিংসিবু মুংথংনবা লান্থেংনবগী শেম শাবদি করিগীনো? মসিগুম্বা যুক্তিসি অস্তনবা অমসুং লাইকথীবা মীশিংনা পুথোকরকল্লি। নোংজুথাদা নোং চুগনি হায়বসি মশানা ওইজরবা বানি, অদুমকপু মীশিংনা নোংজগী মশাবু কন্নবা হোৎনৈ। মতৌ অদুগুম্বা, মথক্তা পল্লিবা খুদমশিংসি সমাজগী পুক্তীদা ইকুং কাওবগুম ফাওজল্লকপদি কলিযুগদদি শোয়ন্নবনি, অদুমকপু কলিযুগগী ওইবা মীতাশিংদগী প্রজাশিংবু কনবদি রাষ্ট্রগী মথৌনি। কলিযুগগী খুদম ওইবা ফত্তবা থবক তৌবা ফত্তবা মীশিংবু মহারাজ পরীক্ষিৎনা পাম্মী। অসুম্না ঙাকশেন্বসু নিংথৌগী মথৌনি, অদুনা মহারাজ পরীক্ষিৎনা লান্থেংনগে হায়না শেম-শাবদু তশেংনা চুম্বনি।

শ্লোক ১১

স্বলংকৃতং শ্যামতুরঙ্গযোজিতং রথং মৃগেন্দ্রধ্বজমাশ্রিতঃ পুরাৎ।
বৃতো রথাশ্বদ্বিপপত্তিযুক্তয়া স্বসেনয়া দিগ্বিজয়ায় নির্গতঃ ॥ ১১ ॥

শব্দার্থ

সু-অলংকৃতম্—ফজনা লৈতেংলবা; শ্যাম—অমুবা; তুরঙ্গ—শগোল; যোজিতম্—পান্সল্লবা; রথম্—রথ (দোলাই); মৃগ-ইন্দ্র—নোংশা; ধ্বজম্—ফীরান থেংকবা; আশ্রিতম্—ঙাকশেল্লিবা; পুরাৎ—কোন্নুংদগী; বৃতঃ—কোয়শল্লবা; রথ—রথ; অশ্ব—শগোল; দ্বিপপত্তি—শামু; যুক্তয়া—লোয়ননা; স্বসেনয়া—খোঙ-লাম্মীগা লোয়ননা; দিগ্বিজয়ায়—দিগ্বিজয় তৌগে হায়দুনা; নির্গতঃ—থোক্লকখি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহারাজ পরীক্ষিৎ অমুবা শগোলনা চিংবা রথদা কয়রে। মাগী ফীরান্দো নোংশা য়েংকপনি। অসুম্না লৈতেংলগা অমসুং দোলাই, শগোল, শামু, খোঙ-লাম্মীনা কোয়শল্লগা, মহারাজ দিগ্বিজয় তৌগে হায়দুনা কোন্নুং থাদোকখি।

নৈনরোল

মহারাজ পরীক্ষিৎকা মবুথৌ অর্জুনগা থেম্নরম্মী, মরমদি অঙৌবা শগোলগী মহুত্তা অমুবা শগোলনা মাগী রথ চিংলম্মী। মাগী ফিরানগী খুদমদি নোংশানা ওইরম্মী অদুগা মবুথৌগীনা হনুমানজীনা ওইরম্মী। মহারাজ পরীক্ষিৎকীগুম্বা ফজনা লৈতেংলবা দোলাই, শগোল, শামু অমদি খোঙ-লাম্মী অমসুং বাজাই খোঙবশিংনা কোয়শল্লবা নিংথৌগী শোভাযাত্রা য়েংবদা পুক্নীং চুনবগী মশক ওইবতা নত্তনা লাঁনকমদকাওবা ফজববু লাংপগী খুদম অমা ওইরম্মী।

## শ্লোক ১২

**ভদ্রাশ্বং কেতুমালং চ ভারতং চোত্তরান্ কুরূন্।**
**কিম্পুরুষাদীনি বর্ষাণি বিজিত্য জগৃহে বলিম্॥ ১২॥**

### শব্দার্থ

ভদ্রাশ্বম্—ভদ্রাশ্ব; কেতুমালম্—কেতুমাল; চ—অমসুং; ভারতম্—ভারত; চ—অমসুং; উত্তরান্—অরাংমায়কৈগী দেশময়াম; কুরূন্—কুরুশাগেগী লৈবাক; কিম্পুরুষ আদীনি—হিমালয়গী অরাংদা লৈবা লৈবাক; বর্ষানি—পৃথিবীগী বর্ষ ময়াম; বিজিত্য—জয় তৌদুনা; জগৃহে—লৌরম্মী; বলিম্—কাজৎ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অদুদগী মহারাজ পরীক্ষিৎনা মথঙ মথঙ তৌদুবা ভদ্রাশ্ব, কেতুমাল, ভারত, অরাং কুরু, কিম্পুরুষনচিংবা বর্ষ ময়াম জয় তৌরম্মী অদুগা লৈপাকশিংদুগী নিংথৌ নিংথৌদগী কাজৎ লৌরম্মী।

### নৈনরোল

ভদ্রাশ্ব—মেরু পর্ব্বত মনাক্তা লৈবা লমদম অমনি অদুগা মসিনা গন্ধমাদন পর্ব্বত-তগী থুমহীগী মহাসাগর' ফাওবা পাকশনম্মী। বর্ষসিগী বারম মহাভারতদা ইরি (ভীষ্মপর্ব্ব ৭।১৪-১৮)। বারীদু সঞ্জয়না ধৃতরাষ্ট্রদা লিখিবনি।

মহারাজ যুধিষ্ঠিরনসু বর্ষ অসি জয় তৌরম্মী অদুনা বর্ষসি মহাক্কী সাম্রাজ্য মনুং চলহনখি। মহারাজ পরীক্ষিৎপু মবুধৌনা পাল্লপা লম পুম্নমক্কী নিংথৌরেম্নি হায়না হায়না লাউথোকপ্রবনি, অদুবু মহাক্কা হন্দক অসিগুম্বা রাজশিংদগী কাজৎ কাহম্নবা দিগ্বিজয় চৎপা মতমসিদা মহাক লৈপাকশিংদগী রাজচক্রবর্ত্তী ওইরে হায়বদু শোয়দ্রবনি খঙননবা তৌরম্মী।

কেতুমাল—পৃথিবীসি মহাসাগর তরেৎমা দ্বীপ তরেৎ থোক্লা খায়রি। ময়োল ওইবা দ্বীপ জম্বুদ্বীপ কৌবদুবু চাঙজাও নীপাল্ম বর্ষ (শক্কক) মাপল থোক্লা খায়রি। কেতুমাল অসি বর্ষ মাপলগী মরক্তা অমনি। কেতুমাল বর্ষগী মুপীশিং থ্বাইদগী হেন্না ফজৈ হায়নৈ। বর্ষসিবু অর্জুননসু জয় তৌখি। কেতুমালগী বাসু মহাভারতকী মনুংদা য়াওরি (সভাপর্ব্ব ২৮।৬)।

পৃথিবীগী শক্কক বর্ষসি মেরু পর্ব্বতকী নোংচুপ থংবা শক্কক্তা লৈ হায়নৈ, বর্ষসিগী মীশিংদি চহী লীশীঙ তরা পুন্সি হায় (ভীষ্ম পর্ব্ব ৬।৩১)। লমদমসিদা মীশিংগী কুচুদি সনাহিংবা মচুনি অদুগা মুপীশিংনা স্বর্গগী লাইরেম্মা মান্নি হায়। লমদমসিগী মীশিংগীদি অনায়েক তৌদে অমসুং থরাই-রাবা হায়বদু লৈতে।

ভারতবর্ষ—মসি জম্বুদ্বীপকী বর্ষ মাপনগী মনুংচনবা বর্ষ অমনি। ভারতবর্ষগী বর্ণন মহাভারতকী মনুংদা য়াওরি (ভীষ্মপর্ব্ব অধ্যায় ৯ অমসুং ১০)।

জম্বুদ্বীপকী ময়োল্দা ইলাবর্ত বর্ষ লৈ অদুগা ইলাবর্ত্তগী খা অদু হরিবর্ষনি। বর্ষশিংসিগী বা মহাভারতকী মনুংদা মথাগীসুন্না য়াওরি (সভাপর্ব্ব ২৮।৭-৮):—

**নগরাংশ্চ বনাংশ্চৈব নদীশ্চ বিমলোদকাঃ**
**পুরুষান্ দেবকল্পাংশ্চ নারীশ্চ প্রিয়দর্শনাঃ।**
**অদৃষ্ট পূর্ব্বান্ সুভগান্ স দদর্শ ধনঞ্জয়ঃ**
**সদনানি চ শুভ্রানি নারীশ্চাপ্সরসাম্ নিভাঃ।**

মসিদা হায়রিবদি বর্ষ অনীসিদা লৈবা মুপীশিংচ শক ফজবী ভাল্লি, মখোয় খরদি স্বর্গগী অপ্সরামুক ফজে হায়না হায়রিবনি।

উত্তরকুরু—বৈদিক ভূগোল মতুং ইন্না জম্বুদ্বীপকী অয়াং ইথং থংবা শরক অমু উত্তরকুরু বর্ষ কৌই। মসিগী মায়কৈ অহুমদা মহাসাগরগী ঈশীংনা কোয়শল্লী অমুগা মসিবু শৃঙ্গবান্ পর্ব্বতনা হিরণ্ময় বর্ষদগী খাইদোকই।

কিম্পুরুষ-বর্ষ—মসি হিমালয় পর্ব্বতকী অয়াংদা লৈবনি। মসিনা শাংবদি মাইল লীশীঙ-মরিফুস্কৈনি অমুগা পাকপনা মাইল লীশীঙ ভরাভরক্লি। মফমশিংসি অর্জুননমু জয় তৌরম্মী (সভাপর্ব্ব ২৮।১-২)। কিম্পুরুষশিংসি দক্ষ অমগী মচামুপীগী ধারানি। মহারাজ যুধিষ্ঠিরনা অশ্বমেধ যজ্ঞ তৌবা মতমদা দেশশিংগী মীশিং লাকুনা যজ্ঞদা য়াওরম্মী অমুগা নিংথৌরেন্দা কাজং কংখি। পৃথিবী শরককসিবু কিম্পুরুষ বর্ষ কৌই নংত্রগা করিগুম্বা মতমদা হিমালয় প্রদেশ (হিমাবতী) হায়নমু কৌই। শুকদেব গোস্বামীমু হিমালয়-প্রদেশ অসিদা পোকই অমুগা লমদমমু লাম্লোনা ভারতবর্ষদা লাকপনি হায়নৈ।

বাহৈ অমরোমদা হায়রগা, মহারাজ পরীক্ষিৎনা পৃথিবী পুম্বা জয় তৌখি। সমুদ্র অমসুং মহাসাগরশিংগা শম্নবা মহাদেশ পুম্নমক হায়বদি পৃথিবীগী খা অয়াং নোংপোক নোংচুপ থংবা শরক পুম্নমক মহাক্না জয় তৌখি।

শ্লোক ১৩-১৫

তত্র তত্রোপশৃণ্বানঃ স্বপূর্বেষাং মহাত্মনাম্।
প্রগীয়মাণং চ যশঃ কৃষ্ণমাহাত্ম্যসূচকম্ ॥ ১৩ ॥
আত্মানং চ পরিত্রাতমশ্বত্থাম্নোঽস্ত্রতেজসঃ।
স্নেহঞ্চ বৃষ্ণিপার্থানাং তেষাং ভক্তিঞ্চ কেশবে ॥ ১৪ ॥
তেভ্যঃ পরমসন্তুষ্টঃ প্রীত্যুজ্জৃম্ভিতলোচনঃ।
মহাধনানি বাসাংসি দদৌ হারান্ মহামনা ॥ ১৫ ॥

শব্দার্থ

তত্র তত্র—নিংথৌনা লেঙলু-লেঙলুবা মফম খুদিংমক্তা; উপশৃণ্বানঃ—তত্তনা মহাক্না নাকোঙদা তারম্মী; স্বপূর্বেষাম্—মপা মপুশিংগী মরমদা; মহাত্মনাম্—ভগবান্‌গী ভক্ত ওইরবশিংগী; প্রগীয়মাণম্—শকশোল্লম্বা; চ—অমসুং; যশঃ—মিংচৎকী বা; কৃষ্ণ—ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণ; মাহাত্ম্য—মগুণ; সূচকম্—তাক্লিবা; আত্মানম্—মশামকপু; চ—সু; পরিত্রাতম্—কন্‌বিখিবা; অশ্বত্থাম্নঃ—অশ্বত্থামাগী; অস্ত্র—খুৎলাই; তেজসঃ—শক্তি চেন্‌বা মৈঙান; স্নেহম্—মুংশিবা; চ—সু; বৃষ্ণিপার্থানাম্—বৃষ্ণিগী অমসুং পৃথাগী ধারাশিংগী; তেষাম্—মখোয় পুম্বগী; ভক্তিম্—ভক্তি; চ—সু; কেশবে—ভগবান্ কৃষ্ণদা; তেভ্যঃ—মখোয়দা; পরম—য়োনা; সন্তুষ্টঃ—পেল্লম্মী; প্রীতি—হরাওবা; উজ্জৃম্ভিত—কজনা পাঙলবা; লোচনঃ—অসিগুম্বা মীৎ পাল্লিবা মহাক; মহাধনানি—মমল-য়াম্লবা লনঃ; বাসাংসি—ফিরোল; দদৌ—দান তৌখি; হারান্—লীক্লাং; মহামনাঃ—পুকচেল-চাওবা মী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নিংথৌনা লেঙলু-লেঙলুবা মফমশিংদা মহাক্না ভগবদ্ভক্ত ওইরম্বা মপামপুশিংগী মিংচৎকী মরমদা থাগৎলকপা অমসুং শ্রীকৃষ্ণ ভগবান্‌গী মতীক-মগুণ শকশোল্লম্বমু মনাকোঙনা তারম্মী। অশ্বত্থামানা কাপ্লকপা ব্রহ্মাস্ত্রগী মৈশাদগী মহাকপু ভগবাননা করম্না কন্‌বিখিবা হায়বমুগী বামু মহাক তারম্মী। ভগবান্

কেশববতা পৃথাগী ধারানালানা ভক্তি লৈরবা মরম্না বৃষ্ণিশিংগা পার্থশিংগা কয়া মুংশিনরবা হায়-বতুগী রাস্থ প্রজা মীয়াম্না পাল্লম্মী। অস্থুম্না শক-শোল্লবা মীশিংতুবু পেল্লতুনা নিংথৌনা হরাও-মীৎয়েং য়েংলম্মী। পুকচেল চাউবা মরম্না মহাক্না মখোয়দা লীক্লাং পরেং অমদি কি দান তৌখি।

নৈনরোল

রাজ্যগী নিংথৌশিংদা অমদি অচৌবা মীতাশিংদা অভিনন্দন পত্র কৎনৈ। মস্থুম্না তৌবসি থাইনা মমাংথৈদগী তৌরক্লবনি; মহারাজ পরীক্ষিৎস্থ মিংচৎপা পৃথিবীগী নিংথৌরেনশিংগী মরক্তা অমা ওইরম্বনিনা মহাক্না লেঙ্গুম্-লেঙ্গবা লমদম খুদিংদা প্রজা মীয়াম্না মহাকপু অভিনন্দন তৌবগী পত্র পারম্মী। অভিনন্দন পত্রশিংতুগী বিষয়দি শ্রীকৃষ্ণনি। নিংথৌ হায়রগা মহাক্কী লোইন খমইনবু খঙনবগুম শ্রীকৃষ্ণ হায়রগা শ্রীকৃষ্ণ অমস্থং মাগী ভক্তশিংবু খঙনৈ।

কৃষ্ণগা মহাক্কী শুদ্ধ ভক্তশিংগা কায়নবা য়াদে; মরমতুনা ভক্তগী মগুণ শকপা হায়বদি ভগবান্‌গী গুণ শকপা অতুগা ভগবানগী গুণ শকপা হায়বদি ভক্তগীস্থ গুণ শকপনি। মহারাজ পরীক্ষিৎ যুধিষ্ঠির-অর্জুনগুম্বা মপামপুগী মগুণ শক-শোন্‌বতু শ্রীকৃষ্ণগী লীলাগা মরী লৈনজবদি মতু তাক্লবদা করিমতা হরাওরম্লোই। ভগবান্না অবতার তৌরকপদি ভক্তশিংবু লান্‌বিগে হায়বগীদমক্নি (পরিত্রানায় সাধুনাম্)। ভগবান্ মনাক্তা লৈবা মরম্না ভক্তশিংবু শকশোন্‌বনি মরমদি ভগবান্ অমস্থং মাগী শক্তিশিংগা লোয়নবা নত্তনা ভক্তশিংদি মীৎকুপ অমকাওবা লৈবা ঙমদে। ভগবান্না ভক্তশিংগীদমক লৈবদি মাগী থবক অমস্থং মিংচৎনা উৎপনি। মরমতুনা ভগবান্‌বু মাগী মগুণ শকশোল্লুনা থাগৎলম্বতুনা মহারাজ পরীক্ষিৎনা ভগবানতু মনাক্তা লৈ হায়না লৌরম্মী; খোইদোক হেন্দোক্লা মমাগী গর্ভতুংদা ভগবান্না মাবু কন্‌খিবগী য়া থল্লুবদা ভগবানবু মনাক্তা লৈ হায়বসি অমুক হেন্না লৌরম্মী। ভগবদ্ভক্তশিংদি খুদোংথীবদা খক তাদে; অতুবু খুদোংথীবনা থল্লবা সংসারদদি ভক্ত-শিংসে মপান্থোংদা অবাবদা তাবগী মতৌ মাল্লী; অতুগা মখোয়বু ভগবান্না কন্‌বিরবা মতমদদি ভগবানগী মাহাত্ম্যবু শকশোন্নৈ। শ্রীকৃষ্ণগী ভক্তশিং পাণ্ডবশিংসি কুরুক্ষেত্রগী লান্দা য়াওরমজবদি শ্রীকৃষ্ণবু ভগবদগীতাগী বক্তা ওইনা শক-শোরম্লোই। ভগবান্‌গী অসিগুম্বা গুণ মাহাত্ম্য পুম্বা অভিনন্দনপত্রদা পাল্লম্মী; মহারাজ পরীক্ষিৎ পুঙপেন পেন্‌থ্রতুনা অভিনন্দন পীরম্বা মীশিংতুদা মনামথুম য়েল্লম্মী। হৌজিক্কালগী অভিনন্দন পত্রগা মতমতুগীগা খেন্নবদি মতমতুদনা মহারাজ পরীক্ষিৎ-কুম্বদদা অভিনন্দন তৌই। মতমতুগী অভিনন্দন পত্রদদি অওই অওইবা খেঁদোক ঙাক্তা পল্লি অতুগা হৌজিক কালগীদি কয়াইবশিংবু পেলহন্নবগীদমক্তা অওইবা বা ঙাক্তা ইরমদে, চীরোনগী ওইদবা বা য়াম্না পন্নৈ। অস্থুম্না অভিনন্দন পীরম্বশিংদা অভিনন্দন-কংবা মীনা শেল লৈতত্তুনা মনামথুম খক য়েন্দে।

শ্লোক ১৬

সারথ্যপারষদসেবন সখ্য দৌত্য—
বীরাসনানুগমনস্তবনপ্রণামান্।
স্নিগ্ধেষু পাণ্ডুষু জগৎপ্রণতিঞ্চবিষ্ণো-
র্ভক্তিং করোতি নৃপতিশ্চরণারবিন্দে॥ ১৬॥

### শব্দার্থ

সারথ্য—সারথিগী থবক; পারষদ—রাজসূয় যজ্ঞগী সভাদা সভাপতি ওইবা; সেবন—ভগবানগী সেবাদা পুক্নীং চঙবা; সখ্য—ভগবানবু মরূপ ওইনা খন্বা, দৌত্য—পাউখোল্লোয়গী থবক; বীরাসন—থাঙশাং অমা পায়দুনা অহিংদা ঙাকশেন্বা; অনুগমন—তুংইন্বা; স্তবন—স্তব তৌবা; প্রণামান্—খুরুম্বা; স্নিগ্ধেষু—ভগবানগী নুংশিবা; পাণ্ডুষু—পাণ্ডবশিংদা; জগৎ—জগৎ; প্রণতিম্—মাগী খা ইন্নরিবা অদুগুম্বা মা; বিষ্ণোঃ—বিষ্ণুগী; ভক্তিম্—ভক্তি; করোতি—তৌয়ি; নৃপতিঃ—নিংথৌ; চরণ-অরবিন্দে—মাগী খোঙথম্বান্দা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

জগৎকী জীব পুম্নমক্না খুরুম্নরিবা শ্রীকৃষ্ণনা মাগী নুংশিরবা পাণ্ডবশিংগী সারথিগী থবক, সভাপতিগী থবক, সেবা মরূপ ওইবা, খোঙঙাকপদোনা থাঙশাং পায়দুনা অহিংদা খোঙ শঙবা, তুংইন্বা, স্তব অমসুং প্রণাম তৌরম্মী; বাক্কসি মহারাজ পরীক্ষিৎনা ঈশ্বরকপগী মযম্দগী শ্রবণ তৌবদা শ্রীকৃষ্ণগী খোঙ-থম্বান্দা পরীক্ষিৎকী ভক্তি য়োঁনা পোকখি।

### নৈনরোল

পাণ্ডবশিংগুম্বা বিশুদ্ধ ভক্তশিংদদি ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনা মরোইরম্মে। ভগবান্দো মখোয়গীদমক্তদি পরমেশ্বর ভগবান্, গুরু, লাৎনফম দেবতা, লম্জিংবা, সারথি, মরূপ, মনাই, পাউখোল্লোয়নচিংবা মখোয়না ওইহল্লীংবদা ওইরম্মী। মতৌ অসুম্না ভগবানসু পাণ্ডবশিংনা খল্লম্মদুমক তৌরম্মী। মহারাজ পরীক্ষিৎসু ভগবানগী শুদ্ধভক্ত অমা ওইনা, ভগবান্না মাগী ভক্তশিংগী মপূক্নীং থুংহল্লম্মদু খঙজরমখি। অদুনা ভগবান্গী মফমদা ভক্তি য়োঁনা পোকখি। ভক্তগী মফমদা ভগবান্না তৌবা ব্যবহারগী বাশিংদু খঙবতনা পাম্বে ওইরগা খঙলিবা মীদুনা মুক্তি ফংবা ঙম্মী। ভগবান্না মাগী ভক্তগা লোয়নবা মতৌদু মীওইবগী মতৌনি, অদুবু কনাগুম্বনা মতৌদুগী মরম ওইবা খঙজরবদি মহাক ভগবান্গী নাক মরাল্লয়াইদা হন্বগী মতীক চাবা হায়বদু ওইজেয়ে। পাণ্ডবশিংনা ভগবান্গী ইচ্ছা পূরণ তৌনবা কয়ামুক হোৎনরম্বগে হায়ববু ভগবৎ-সেবাগীদমক মখোয়গী হৈ.ঙবা খিবিক থাদোকপা ঙম্মী; অসিগুম্বা পূকচেল-শেংবা মতাসিনা মরম ওইদুনা মখোয়না অপাম্বা মওংদা ভগবান্গী কৃপা ফংখি।

### শ্লোক ১৭

**তস্যৈবং বর্ত্তমানস্য পূর্বেবষাং বৃত্তিমন্বহম্।**
**নাতিদূরে কিলাশ্চর্য্যং যদাসীৎ তন্নিবোধ মে ॥ ১৭ ॥**

### শব্দার্থ

তস্য—মহাক্কী (মহারাজ পরীক্ষিৎকী); এবম্—মতৌ অসুম্না, বর্ত্তমানস্য—(অসিগুম্বা থাথন্দা লূপ্লু্না) লৈরম্বা; পূর্বেবষাম্—মপামপুগী; বৃত্তিম্—অকবা থবক; অন্বহম্—নোংমা নোংমা; ন—নত্তে; অতিদূরে—য়াম্না লাপ্না; কিল—তশেংনা; আশ্চর্য্যম্—অঙকপা; যৎ—মদু; আসীৎ—লৈরম্মী; তৎ—মদু; নিবোধ—খঙউ; মে—ঐহোন্দগী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহারাজ পরীক্ষিৎনা মপামপুশিংগী অফবা থবকশিংগী বা শ্রবণ তৌরগা অমসুং থবকশিংছুগী বাখল্দা লুপ্পনা নোংমা নোংমগী মতম লেপ্লম্বা মতমদা করি থোকখিবগে হায়বদু ঐহাক্লোনগী নখোয়ম্ হৌজিক তাবিবা য়াগনি।

শ্লোক ১৮

ধর্ম্মঃ পদৈকেন চরন্ বিচ্ছায়ামুপলভ্য গাম্।
পৃচ্ছতি স্মাশ্রুবদনাং বিবৎসামিব মাতরম্॥ ১৮॥

শব্দার্থ

ধর্ম্মঃ—(শল্লাবগী মশক লৌবা) ধর্ম্ম; পদা—খোঙ; একেন—অমতনা; চরন্—চৎলম্বা; বিচ্ছায়ন্—অবাবগী মমি তারম্বা; উপলভ্য—থেংনদুনা; গাম্—শল-অমোমদা; পৃচ্ছতি স্ম—হংলম্মী; অশ্রুবদনাম্—পিরাংচেল্লম্বী; বিবৎসাম্—শল্লাও মাঙখ্রবী; ইব—গুম্বী; মাতরম্—মমাদা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ধর্ম্মনা শল্লাবগী মশক লৌরগা খোঙ নামতনা কোয়চৎ চৎলম্মী। মচা মাঙখিদুনা বাববী মমা মান্নবী শল-অমোমগী শক্লোবী পৃথিবীগা মহাক থেংনখি। শল-অমোমসি মপি শিঙ্ঘরম্মী অদুগা মাগী ফজবা শকফমদুসু মাঙখরে। মসুম তৌনা ধর্ম্মনা পৃথিবীদা বা হংলম্মী।

নৈনরোল

শল্লাবনা ধর্ম্মগী মশক্তি অদুগা শল অমোম্না পৃথিবীগী মশক্তি। শল লাবা-অমোম অনীদুনা হরাওনা লৈরগা জগৎকী মীশিংসু হরাওনা লৈ হায়বসি খঙনৈ। মরমদি শল্লাবনা লৌবুক্তা মহৈমরোং থোকহন্নবদা তেঙবাঙঙী অদুগা শল-অমোম্না চীঙাকী গুণ পুম্নমকী তুঙফম ওইবা অঙকপা পোৎ থোম্লাংদু পী। মরমদুনা মীওইবগী সমাজনা মরুওইবা শা অনীসিবু য়োকয়ি, অদুম তৌরবদি মখোয়না মফম পুম্নদা হরাও-তয়াংনা কোয়চৎ চৎপা ওম্মী। অদুবু কলিযুগসিদদি ব্রহ্মণ্য কৃষ্টি করিনো হায়বা খঙদবা মী থরনা শল লাবা অমোমবু হাৎলগা মচীঙাক্তোনা চায়। মীওইবা সমাজগী য়াইফননবগীদমক কৃষ্টি পুম্নমকী মকোক ব্রহ্মণ্য সংস্কৃতি শন্দোক্লগদদা শল লাবা অমোমবু কন্বা ওমগনি। অসিগুম্বা কৃষ্টিনা চাউখৎলবদা সমাজগী নীতিসু চপচানা তাকপা য়াগনি, অদু ওইরবদি শান্তি অমসুং উন্নতি (চাওখৎপা) অনীমক মপান্নী হোৎনবা য়াওজ্রবসু ওইবা য়াগনি। ব্রহ্মণ্য কৃষ্টিনা মরায় চায়থরবদা শল লাবা অমোম অনীমকপু থীনা তৌনৈ অদুগা মদুগী ফল ওইনা মথাদা হায়রকদৌরিবা খুদমশিং থোকদৌরিবনি।

শ্লোক ১৯

ধর্ম্ম উবাচ

কচ্চিদ্ভদ্রেঽনাময়মাত্মনস্তে
বিচ্ছায়াসি ম্লায়তেষন্মুখেন।
আলক্ষয়ে ভবতীমন্তরাধিং
দূরে বন্ধুং শোচসি কঞ্চনাম্ব॥ ১৯॥

### শব্দার্থ

ধর্ম্মঃ উবাচ—ধর্ম্মনা হংলম্মী; কচ্চিৎ—করি; ভদ্রে—ইবেম্মা; অনাময়ম্—অনায়েক লৈতবা; আত্মানঃ—নশামক্কী; তে—নঙগী; বিচ্ছায়া অসি—মায়থোঙ মকশিনবা মান্নী; ম্লায়তে—মকশিন্‌বা; ঈষৎ—খজিক্তং; মুখেন—মায়থোঙনা; আলক্ষয়ে—নহাক্না উংলী; ভবতীম্—নশানথোন্দা; অন্তরাধিম্—নশা-মুংদা অনায়েক লৈবঃ; দূরে—লাপ্পা; বন্ধুং—মরূপ; শোচসি—খল্লি; কঞ্চনম্—কনাবু; অম্ব—হে ইমা

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ধর্ম্মনা হংলম্মী—হে ইবেম্মা, নহাক্কী অনাঅয়েক লৈতেদ্রনা ? করিগীনো নশাদা অরাবগী মমি ভারিবা ? য়েংবদা মায়থোং মকশিল্লি। নশাদা অনায়েক অমা তৌবরা নত্রগা লমদম থাপনা চৎখিবা মরী-মতা অমগীদমক চিন্তা তৌরিবরা ?

### নৈনরোল

কলি যুগ অসিদদি মী অয়াম্বগী পূক্লীং লাওতক্লহন্না ওাক লৈ। মী খুদিংমক অনাবা অমা নৎত্রগা অমা তৌরি। যুগসিগী মীতাশিংগী মায়থোঙ উরগা মথোয়গী মপূক্লুংগী ফীভম খঙবা ঙম্মী। কনাগুম্বগী মরীমতানা য়ুমদগী অরাপ্পা * মদমদা চৎখিবগীদমক মীনা বানৈ। কলিযুগ অসিগী খোইদোকপা খুদমদি ইমুং অমতদগী মীশিংদো পুল্লপ লৈমিন্নবা ফংদে। মচীঞ্জাক তান্নবনি হায়হন্না মপানা মচাদগী লাপ্পা লৈ অহ্নগা মুপীনা মবা-মপুরোইবগা লাপ্পা তোঙান্না লৈনৈ, অম্মুন্না অমগা অমগা পুল্লপ লৈমিন্নবা ফংদে। হকচান্নুংদা অনায়েক তৌবগী, নক্লবা মুংশিবা মশেল কায়নবগী অমদি ফীভম হোংদনবগী খোয়রাংবদগী অবা-না কোঙ্গায় অমনি। মরম ময়ামসিনা যুগসিগী মীশিংবু মতমপুম্বদা মুংঙাইহন্দে।

#### শ্লোক ২০

**পাদৈন্যূনং শোচসি মৈকপাদ-**
**মাত্মানং বা বৃষলৈর্ভোক্ষ্যমাণম্।**
**আহো সুরাদীন্ হৃতযজ্ঞভাগান্**
**প্রজা উত স্বিন্মঘবত্যবর্ষতি॥ ২০॥**

### শব্দার্থ

পাদৈঃ—খোঙ অহুম; ন্যূনম্—বাৎপা; শোচসি—ভেংথারিবা; মে—ঐগী; একপাদম্—খোঙ নামতা; আত্মানম্—ইশামক; বা—নৎত্রগা; বৃষলৈঃ—শন্‌জাবা শূদ্রশিংনা; ভোক্ষ্যমনাণম্—চাননবা; আহো—যজ্ঞদা; সুর-আদীন্—লাইশিং; হৃতযজ্ঞভাগান্—যজ্ঞগী শরূক কংত্রবা; প্রজাঃ—প্রজাশিংনা; উত—হেক্সংলকপা; স্বিৎ—বদি; মঘবতি—চাকতাঙ পোৎতাঙবদা; অবর্ষতি—নোংচুদবনা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

খোঙ-অহুম-বাৎপা খোঙ-নামতনা লেপ্লিবা ঐগী দশা উহনা থবাই বাবীরিব্রা ? নৎত্রগা নশামকপু শূদ্র নিংথৌশিংনা নৈহনা ভান্নবনি হায়হনা বারিবরা ? নত্রগা, হৌজিক্কালদি যজ্ঞ তৌত্রবনিনা দেবতাশিংনা যজ্ঞ-শরূক ফংদবগী থল্লুবদা নথবাই মুংঙাইত্রিবরা ? অমদি নোংচুদবনা চাকতাঙ-পোৎতাঙ খোক্লুনা প্রজাশিংনা জীবশিংমা বাররগনি হায়বগীদমক নঙনা মুংনাংলিবরা ?

## নৈনরোল

কলিযুগ চঙশিল্লকপগী লোয়ননা পোৎলম মরি হায়বদি পুন্সিময়েং, মিঙ্গুংশি, নীঙশীঙবগী পাঙ্গল অদুগা নীতি নৎত্রগা ধর্ম্মগী ময়েং অমুম অমুম তাথরক্লগনি। ধর্ম্মগী চাং শক্লক মরি-থোকপগী অহম হন্নরগদোবনিনা খুদম-ওইরিবা শল্লাবনা মথোঙ নামতদা লেপ্লম্মী ! পৃথিবী পুম্বগী মী শক্লক মরি থোকপগী অহুম্না ধর্ম-চেন্দ্রবদা শাশলগীদমক্তি পৃথিবীসি নরক ওইরগনি। কলি-যুগসিদা ঈশ্বর য়ানবা সত্যতানা ধর্ম্মগী মরূপ কয়ামূক লিংহল্লগদগে হায়ববু মথোয়না পরমেশ্বর ভগবান্বু অপায়না নত্রগা থৈয়াইননা লৈতে হায়ররগদবনি। মতৌ অসুম্না ঈশ্বরবু থাজদবা সমাজনা পৃথিবীসি জ্ঞান-তাবা মীগী লৈকম ওইবা য়াহল্লরোইদৌরি। পরমেশ্বর ভগবান্বু থাজবগী চাংদা তুংইন্না মী কাঙলুপ কয়ামূক থোকয়ি। ঈশ্বরবু থাজবা মকোকশিংদি বৈষ্ণব অমসুং ব্রাহ্মণশিংনি; অদুদগী মথঙ মনাও চৎথরকপনা ক্ষত্রিয়শিং, বৈশ্যশিং, শূদ্রশিং, ম্লেচ্ছশিং, যবনশিং, অদুগা ইকোন্‌-কোন্বদা চণ্ডালশিং হায়বা মী কাঙলুপশিংসিনি। ম্লেচ্ছ অমসুং চণ্ডালগী পুন্সি মতাঙদা লৈথা তাথরকপগী পূকচেল চেন্‌বা হৌয়ি। বৈদিক সাহিত্যদা শীজল্লরিবা মথক্কী শব্দশিংসে কনাগুম্বা শক্লাইবা সম্প্রদায় নৎত্রগা মপোক্কী মরীদা হায়বা নত্তে। মথোয়সি মীওইবা জাতিগী তোঙান তোঙানবা মগুণ ঙাক্লি। কনা অমগী মপোক্কী নত্রগা সম্প্রদায় অমগী অধিকারগী বা নত্তে। হায়রিবা গুণশিংসে কনাগুম্বনা হোৎনবগী মতুং ইন্না ফংবা য়াই, অদুনা মতৌ অদুম তৌরগা বৈষ্ণব অমগী মচাম্নুপা অমনা ম্লেচ্ছ ওইবা য়াই নত্রগা চণ্ডালগী মচাম্নুপা অমনা ব্রাহ্মণ অমদগী হেন্‌বা মী ওইবা য়াই, হায়রিবসি মী-মীদুনা পরমেশ্বর ভগবান্‌গা লৈনরুবা সম্বন্ধ মখা পোন্না ওইবগী বানি।

শাজাবা মীবু ময়াম্না ম্লেচ্ছ হায়না খঙনৈ। অদুবু শাজাবা মী পূম্নমক ম্লেচ্ছ নত্তে। শাস্ত্রগী বা মতুং ইন্না শা-চাবা মীশিংদি ম্লেচ্ছ কৌদে, অদুগা অথিং-অয়াং লৈতনা শা পঙচাদা চাবা মাবু ম্লেচ্ছ কৌই। শাস্ত্রনা শল-শা চাবা য়াদে হায়, অদুনা শল্লাবা অমোমশিংবু বেদ-চৎপা মীশিংনা থোইদোক্লা ঙাক-শেল্লি। অদুবু কলিযুগ অসিদদি মীশিংনা শল্লাবা-অমোম অনীমক্কী মশাদু মথোয়না শীজল্লোংবা মওংদা শীজরৈ, মতৌ অদুম্না মথোয়না অবাবা মথল মথল কৌশল্লকই।

যুগসিগী মীদি যজ্ঞ অমত্তা তৌরোই। ইন্দ্রিয় পেন্নবা পোৎ পাম্বা মীনা যজ্ঞ তৌদবা য়াদ্রবস্তু ম্লেচ্ছ ওইবা মীতাশিংদি যজ্ঞ তৌগদবনি হায়বগী থোশাবা লৈতে। ভগবদগীতাদা (৩/১৪-১৬) যজ্ঞ তৌগদবনি হায়বসি চেৎনা হায়রি।

জাবশি সি ব্রহ্মানা শেম্বনি; জীবনা পরমেশ্বর ভগবান্‌গী নাক্তা হল্লকগী লম্বীদা অসুম অসুম চঙশন্‌বা ঙম্নবগীদমক যজ্ঞগী বিধি ব্রহ্মানা শেম্লিকনি। বিধিদি জীবশিংনা চেং-হবাই অদুগা উনা-শীঙনা চাদুনা হিংবা অদুগা অসিগুম্বা চীজাক চারগা হকচাঙগী হিংনবা পাঙ্গল ওইবা ঈ অমসুং কম্বী ফংবা, অদুগা ঈ অমসুং কম্বীদগী জীবনা অতৈ জীব পোকপা ঙমগনি হায়বা অসিনি। মহৈমরোং মনামশীঙ হৌহন্‌বদি নোংচুরগদা ওইগদবনি, অদুগা নোংচুহন্‌গে হায়রবদি শাস্ত্রবিধি মতুং ইন্না যজ্ঞ কজনা তৌগদবনি। অসিগুম্বা যজ্ঞশিংদি ঋক্, সাম, যজুঃ অমসুং অথর্ব্ব কৌবা বেদশিংনা তাক্লি। মনুস্মৃতিনা হায়রি মদুদি মৈদা যজ্ঞ কৎলগা ঘুমীৎ কৌবা লাইনা পেল্লী। ঘুমীৎলাইনা পেল্লগা মহাক্না সমুদ্রদগী ঈশীং থোরকথল্লী, মতৌ অদুম্না নোংদোনথক্তা নোং মতীক ওক্লা মংলে অদুগা চুথরকয়ি। নোং ওরুবা চুরগা মী অমসুং শা-শলগী চাননবা মহৈ-মরোং থোকয়ি, মতৌ অদুম্না জীবশিংনা থবক কয়া

নোম্বা মপাঙ্গল ফংজে। অদুগা অমরোমদা ম্লেচ্ছশিংনা শল্লাবা-অমোমগা অতৈ অতৈ জীবগা হাৎনবা শাগাৎশঙ লিংখৎনবা থৌরাঙশী, মখোয়না কারখানা য়াম্না লিংখৎলগা চাওখৎকনি হায়না খল্লী অমসুং যজ্ঞ তৌগে অমসুং মহৈ মরোং থাগেদি হায়দদুনা শা চাদুনা হিংনবা হোৎনৈ। অদুবু শাশম্না চাননবা মখোয় শঙ্গোক-নাপী অমসুং মনামশীঙ থাগদবনি হায়বসি মখোয় খঙদবা য়াদে, নত্রগদি শা-শল পূম্বা হিংবা ঙম্মোই। শা-শলগী শঙ্গোক নাপী থাবা ভাববদি লোং মরীকচুম্না চুদম্না য়াদে। মরমদুনা মখোয় সূর্য্য, চন্দ্র অমসুং ইন্দ্রনচিংবা দেবতাশিংগী কৃপা ঙাইবা তাই। অসিগুম্বা দেবতাশিংবু যজ্ঞ তৌদুনা পেল্‌হনগদবনি।

সংসারসি কৈশুমশঙ মখল অমনি হায়না ঐখোয়না কয়ারক পন্‌খ্রে। দেবতাশিংসে পরমেশ্বর ভগবান্‌গী মনাই ওাক্তনি, মখোয় কৈশুমশঙ অ সিবু নীঙথীঙনা থম্নবগী মতাঙদা য়েংশম্নবা লৈবনি। লাইবু থাঁজবা লৈতনা হিংবা পাম্বা লম্‌হেন্‌বা জীবশিংবু ভগবান্‌গী শক্তি তম্না মায়ওন্‌হন্নবগীদমক য়েংশন্‌বা দেবতাশিংনা পাম্মী। মরমদুনা যজ্ঞগী বিধিশিংসি শাস্ত্রশিংদা য়াওরিবনি।

সংসারীশিংনা থবক কম্না শূরগা ইন্দ্রিয়শিং পেলহন্দুনা মুংঙাহংবা পাম্মী। মরমদুনা মখোয়গী পুন্সিগী খোঙথাঙ খুদিংদা পাপ মখল মখল তৌয়ি। অদুম্নদি ওইরগা ভগবান্‌গী ভক্তিদা লুপচবা মীশিংদি পাপ-পুণ্যগী বাংমদা লৈ। মখোয়গী থবক্তি প্রাকৃতগুণ অদুম্না মোৎহন্‌বা ঙমদে। ভক্ত-শিংগীদি শাস্ত্রনা তৌকম খোকয়ি হায়রিবা যজ্ঞসি তৌরুবগী কান্নবা লৈত্রে মরমদি ভক্তগী পুন্সিদুমক যজ্ঞনী চিহ্ন অমনি। অদুবু ইন্দ্রিয় পেন্নবা সকাম কর্ম তৌরিবা মীতাশিংদি শাস্ত্রনা তাক্লিবা যজ্ঞশিংসে তৌবা তাই, মরমদি মদুতনা সকাম কর্মীশিংনা তৌথিবা পাপ পুম্নমকী ফল অদুদগী নাম্থোকপা ঙমগনি। যজ্ঞদি অসুম্না তুঙশল্লকপা পাপশিংদুগা থেজ্ঞায়ননবা উপায়নি। বন্দীশিংনা হায়বা-ইন্‌বা প্রজা ওইখৎলবদা কৈশুমশঙগী কর্মচারীশিংনা পেন্‌বগুম্ যজ্ঞ অসিগুম্বা তৌবা মতমদা দেবতাশিংনা পেল্লী। অদুবু ভগবান্ চৈতন্যনা সংকীর্ত্তন যজ্ঞ কৌবা যজ্ঞ অসিমতা তৌ হায়না তাকপীরম্মী, হায়রিবা যজ্ঞসিদা মী খুদিংমক য়াওবা য়াই। মরমসিনা ভক্তশিং অমসুং সকাম কর্মী অনীমক সঙ্কীর্ত্তন যজ্ঞ তৌরগা চপ মান্ননা কান্নবা ফংবা ঙমগনি।

শ্লোক ২১

অরক্ষ্যমাণাঃ স্ত্রিয় উর্বি বালান্  
শোচস্যথো পুরুষাদৈরিবার্ত্তান্।  
বাচং দেবীং ব্রহ্মকুলে কুকর্ম-  
ণ্যব্রহ্মণ্যে রাজকুলে কুলাগ্র্যান্ ॥২১॥

শব্দার্থ

অরক্ষ্যমাণাঃ—ঙাকৃশেন্দ্রবা; স্ত্রিয়ঃ—নুপীশিং; উর্বি—পৃথিবীদাঃ; বালান্—অঙাংশিং; শোচসি—নহাক্না মখোয়শীদমক ৱাখিরী; অথ—অদুনা; পুরুষ-আদৈঃ—মুপানচিংবনা; ইব—মদুগুম্না; আর্ত্তান্—মথৱাই-মুংঙাইত্রবশিংদা; বাচম্—ৱাহৈ; দেবীম্—দেবী; ব্রহ্মকুলে—ব্রাহ্মণগী শাগৈদা; কুকর্মণি—ধর্ম্ম-কায়বা থবক; অব্রহ্মণ্যে—ব্রহ্মণ্য ধর্ম্মবু য়েংথীবা মীশিং; রাজকুলে—নিংথৌশাগৈদা; কুল-অগ্র্যান্—শাগৈ মকোকশিং (ব্রাহ্মণশিং)।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হৌখিক মপুরোইবশিংনা ছন্দোকপীরম্লবা মুপীশিং অমু মপাশিংনা লশুশেকপীরম্লবা অঙাঙশিংবীদমক নঙবা হাম্লিবরা? নত্রগা ধর্ম্ম-কায়বা থবক-তৌবা ব্রাহ্মণশিংনা সরস্বতী দেবীবু থীনা তৌবগীদমক নহাক মুংঙাইতরবা? নত্রগা ব্রহ্মণ্য ধর্ম মানিত্রবা ক্ষত্রিয়শিংগী মথাদা চঙজরিবা ব্রাহ্মণশিংবু উবদা নথরায় হাম্লিবরা?

নৈনরোল

কলিযুগদদি মুপী অঙাঙ শল ব্রাহ্মণবু য়াম্না থীনা থোশাবিরোই অদুগা কনামতনা মখোয়বু ঙাকশেনবিরোই। যুগ অসিদা মুপা-মুপী লোনজা চানবা মরম্না মুপী অমদুং অঙাং ময়াম্বু থোশাবিরোই। ফীভম্না য়ারক্লুহুনা, মুপীনা মুপাগী মথা পোল্লীংলরোই, অদুনা লুহোংবা হায়বসি অদুক মওংতা তাননবা তৌনরগনি। অয়াম্বগী মতাঙদা অঙাঙশিংবু মতীকচানা য়েংবিররোই। ব্রাহ্মণশিংবু মতীক চানা য়েংবিররোই। ব্রাহ্মণশিংদি পরম্পরাদগী বুদ্ধি-থৌবা ঙাক্লি, অদুনা আধুনিক শিক্ষা লৌরগা অা মতোল লোম্না হৈবা ঙমগনি, অদুগা নীতি অমদুং ধর্ম্মগী মতাঙদদি মখোয় থ্বায়দগী হেন্না লৈখা-তাবা ওইরগনি। শিক্ষাগা কত্তবা লমচৎকসি লোয়নমিন্নবা য়াদবনি; অদুবু মখোয় অনীসি খোঙমান্নবা চৎমিন্নরগনি। শাসনকর্ত্তাশিংনা বেদ-জ্ঞানগী বাবু লৌবিররোই অদুগা ধর্ম্মগা মরী লৈনত্রবনি হায়বা রাষ্ট্র লিংগে হায়ররনি, অদুগা লাইরীক হৈবা ব্রাহ্মণনি হায়বশিংদুবুনা শাজৎ-নাইদবা শাসনকর্ত্তাশিংনা শেল পীরগা লৈররগনি। করি হায়নি দার্শনিক অমদি ধর্ম্মগী লাইরীক য়াম্না লেংলবা মীসু শাস্ত্রনা তাকপা নীতি ইন্দবা সরকারগী ফম অবাংবা নাইগে হায়ররনি। ব্রাহ্মণশিংবুদি অসিগুম্বা সরকারগী নৌকড়ী তৌবা য়াদে হায়না থোইদোক হেন্দোক্না থিংলিবনি। অদুবু যুগ অসিদদি সরকারগী চাকরি তৌবদা নত্তনা য়াম্না হন্নবা চাকরি ফাওবা ব্রাহ্মণশিংনা তৌগনি। ময়ামসিনি কলিযুগগী খুদমশিংগী মরক্তা খরা, অদুগা খুদমশিংসিদি মীওইবা সমাজগী ময়ামগী ওইনা য়াইফনবগী মরমদা অকায়বা ঙাক্তনি।

শ্লোক ২২

**কিং ক্ষত্রবন্ধূন্ কলিনোপসৃষ্টান্**
**রাষ্ট্রাণি বা তৈরবরোপিতানি।**
**ইতস্ততো বাশনপানবাসঃ-**
**স্নানব্যবায়োন্মুখজীবলোকম্ ॥ ২২**

শব্দার্থ

কিম্—করি; ক্ষত্রবন্ধূন্—মতিকচাদবা শাসন পায়বা ক্ষত্রিয়শিং; কলিনা—কলিগী প্রভাব অদুনা; উপসৃষ্টান্—ককঙাওনরবা; রাষ্ট্রাণি—রাজ্যশিং; বা—নত্রগা; তৈঃ—মখোয়না; অবরোপিতানি—থকখা ওলহল্লবা; ইতঃ—অসিদা; ততঃ—অদুদা; বা—নত্রগা; অশন—অচাপোৎ চাবা; পান—অথকপোৎ থকপা; বাস—লৈবা; স্নান—ইরুজবা; ব্যবায়—মুপা-মুপী তিন্নবা; উন্মুখ—মায়ওক্তনবা; জীবলোকম্—জীব ময়াম।

## মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শাসনকর্তানি হায়-শাত্রিবা ক্ষত্রিয়শিংনা কলি প্রভাবতগী ককণ্ডাওননা রাজ্যগী থবক পুম্নমক কাংখোঙ চাইবগুম চাইহৎলগনি হায়বগীদমক ভেংথারিবরা ? হৌজিক মী অয়াম্বনা চাবা-তুম্বা-থকপা অমদি মুপা-মুপী পাদোঙনবগী নিয়ম বিচার নাইত্রে, অসি পুম্নমক মকম অমদগী অমদগী পঙতো ভৌনরে হায়বগীদমক নথবাই মুংঙাইত্রিবরা ?

## নৈনরোল

জীব অতোনবশিংগা মায়বা পুন্সিগী চঙগদবা থয়া লৈ; মখোয়দুদি অচাপোৎ চাবা, হিপ্ন'-তুম্বা, কিবা অহুগা মুপামুপী পাদোঙনবা অসিনি। হকচাঙনা পাম্বা থবকশিংসে মীওইবগীসু অহুগা শা-শলশিংগীসু লৈরিবনি। অহুবু মীওইবদি থবকশিংসে ভৌবদা শা-শন্‌গুম্না ভোদে; মীওইবা অমগুম্না ভোগদবনি। হুইলাবা অমনা অমোম অমগা মীয়াম মমাঙদা করিমতা চিংনদবমখৈ পাদোঙনৈ, ভৌইগুম্বসুং মীওইবা অমনা অহুম্না ভৌরবদি থবকু লৈবাকী অকায়বা অমনি হায়দুনা মাবু সরকারনা শাস্তি পীগনি। অদুনা মীওইবগী ময়াম পুম্নমক ভৌনরিবা থবকীদমকসু ভৌনবগী নিয়ম-কানুন থয়া লৈ। অদুবু কলিনা প্রভাব ভৌবদগী মীওইবা সমাজনা ককণ্ডাওনখিদুনা নিয়ন-কানুনশিং অসি চংলোইদোবগী হোৎনৈ। যুগ অসিদদি মী অয়াম্বনা নিয়ম-নীতি ইন্দবমখৈ পুন্সিগী ভৌদবা-য়াদবা থবকশিংসি ভৌনৈ, অসুম্না সামাজিক অমসুং নৈতিক নিয়মশিং ইল্লক্তবদু থল্লুবদা বা-ঙাইনি মরমদি অসিগুম্বা শারমচংকী কলদি মাঙননবগী মশক ঙাক্তনি। যুগ অসিদা মপা অমদি অভিভাবক ওইবশিংনা মখোয়গী অঙাঙশিংগী লীচংকীদমক মুংঙাইজদে। দোষ-লৈজদবা অঙাঙশিংসে কলিগী প্রভাব-না সজ ফত্তবনি হায়বাস মখোয়না খঙকম থোকপনি। শ্রীমদ্ভাগবতম্‌দগী ঐখোয়না খঙ্ঙী মদুদি ইচম-চম্বা ব্রাহ্মণ-মচা অজামিল হায়বা মুপামচাদুনা অসুম লম্বীদা চৎপদা শূদ্র মতৈমনাওনা কোম্নদুনা পাদোঙনরম্বদু উরে। মতৌ-দুনা অঙাঙদুগী পূক্লোং চিংশন্‌খি, মতুঙদদি অঙাঙদু পাদোঙনবগী শাজৎ চৎপা হৌথরে। মরমদুনা শেংলবা ব্রাহ্মণ অমা ওইরম্বদগী হৌনখঙদবা ওক্তবা মী অমা ওইখি। মসি পুম্নমক থোক্লিবসি ফত্তবা সঙ্গদগীনি। মতমদুদদি অজামিল মথন্তমক ওক্লমদে, অদুগা কলি যুগ অসিদদি পাদোঙনীঙবা মীতাদগী পূক্লোং হুঙম্বা সিনেমানা ইচম চমজবা ছাত্রশিংগী পূক্লোং হুরি। শাসন-পায়বা মীনি হায়রিবশিংসি ক্ষত্রিয় অমগী মথৌ কয়িনো হায়বা খঙদবা ঙাক্তনি। ক্ষত্রিয়শিংদি শাসন ভৌনবগীদমক্লি অদুগা ব্রাহ্মণশিংনা জ্ঞান অমসুং ক্ষত্রিয়শিংগী লমজিংবগীদমক্লি। ক্ষত্রবন্ধু হায়বদি ক্ষত্রিয়গী হৌনবী প্রশিক্ষণ ফংদুনা মথৌ খঙগদববু খঙত্রবা অদুগা ক্ষত্রিয়গুম্না শাসন-পুবা মীতাশিংবু হায়রিবনি। পুন্সিগী লীচং-নিয়ম য়েংলুরগদি লৈখা তারবা মীতাশিংনা খজংলগা কাহল্লকপা মীতাশিংবু শাসনগী থবক পুহল্লি হৌজিক। মশামক লীচং-নাইত্রবা লৈখা-তারবা মীতাশিংনা কয়ম্না মতীকচাবা মীতা থন্‌বা ঙমগদৌরি ? মরমদুনা কলিযুগগী প্রভাবনা রাজনীতি থঙদে, সমাজনীতি থঙদে অদুগা ধর্মনীতি থঙদে নীতি খুদিংগী ওইনা মথক মথা ওন্‌থরে; মরমদুনা জ্ঞান-তাবা মীনা লৈখা তাবসিগীদমক মুংঙাইজদে।

### শ্লোক ২৩

যথাম্ব তে ভূরিভরাবতার-
কৃতাবতারস্য হরের্ধরিত্রি।
অন্তর্হিতস্য স্মরতী বিসৃষ্টা
কর্মাণি নির্বাণবিলম্বিতানি ॥২৩॥

### শব্দার্থ

যথা—নত্রগা; অম্ব—হে ইমা; তে—নহাকী; ভূরি—ভরম্বা; ভার—কোকথোঙ; অবতার—হুহহল্লিবা; কৃত—তৌরবা; অবতারস্ত—অবতার তৌরকপা মাপী; হরেঃ—হরিগী; ধরিত্রি—হে পৃথিবী; অন্তর্হিতস্ত—থ্ংপথিবগী; স্মরতী—নীঙশীঙবদা; বিসৃষ্টা—তৌরম্বা; কর্ম্মাণি—থবকশিং; নির্ব্বাণ—মুক্তি; বিলম্বিতানি—মমল হুহহন্বা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে ইমা পৃথিবী ! ভগবান্ শ্রীহরিনা নহাকী অরুম্বা পোৎলুম কোকহনবিগে হায়বগীদমক অবতার তৌবিরকখি মহাকী কর্ম্মশিংদি মকমসিদসু প্রাকৃত নত্তে, অদুগা মথোয়দুদি মুক্তি পীননবগীদমক্লি । হৌজিক্তি মহাক থ্ংপত্রে । নহাক হৌজিক মহাকী থবকশিংদু খল্লুরগা হৌজিক লীলাশিংদু উরক্ত্রবদুদা নথরাই সুংঙাইত্রবরা ?

### মৈনরোল

ভগবান্গী লীলাশিংগী মহুৎতদা মুক্তি পীবা অসিসু য়াওরিবনি । অদুবু লীলাশিংদুনা মুক্তিদগী হেন্না পূক্নীং চুনঙাইনি । শ্রীল জীব গোস্বামী অমসুং বিশ্বনাথ চক্রবর্ত্তী ঠাকুরগী মতুঙ ইন্না মকমসিদা শীজন্নরিবা শব্দ 'নির্ব্বাণ-বিলম্বিতানি' অসিগী অর্থদি মুক্তিগী মমল হুম্বা হায়বনি। নির্ব্বাণ (অরানখুবম) ফংগে হায়না কনাগুম্বনা নীংলবদি য়াম্না শাথীবা তপস্যা তৌবা তাবনি, অদুবু ভগবান্না কয়ামুক চান্‌বিহৈবগে হায়ববু মহাক্না পৃথিবীগী ভার কোকহন্গে হায়বগীদমক অবতার তৌই । মহাকী লীলাশিংদু নিঙশীঙবতনা জীবনা নির্ব্বাণ-দগী ফংবা সুংঙাইববু থক্তোকই অদুগা ভগবান্গী প্রেম সেবাদা নিত্য ওইনা য়াওনবা মহাকী দিব্যধামদা য়ৌতে।

### শ্লোক ২৪

**ইদং মমাচক্ষ্ব তবাধিমূলং বসুন্ধরে যেন বিকর্শিতাসি।**
**কালেন বা তে বলিনাং বলীয়সা সুরার্চ্চিতং কিং হৃতমম্ব সৌভগম্ ॥ ২৪ ॥**

### শব্দার্থ

ইদম্—মসি; মম—ঐঙোন্দা; আচক্ষ্ব—হায়য়ু; তব—নহাকী; আধিমূলম্—পূক্নীং সুংঙাইতবগী মরম; বসুন্ধরে—হে পৃথিবী (লন্গী তুঙকম্); যেন—মহুনা; বিকর্শিতা অসি—নঙগী অবাবা ওইরি; কালেন—মতমগী প্রভাব-না; বা—নত্রগা; তে—নহাকী; বলিনাম্—পাঙ্গন্বা; বলিয়সা—খোইনা হেন্না কনবা; সুর-অর্চ্চিতম্—দেবতাশিংনা লাংনবা; কিম্—করিঃ হৃতম্—লৌপ্রবা; অম্ব—হে ইমা; সৌভগম্—অকবা লাইবক।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ইমা, নহাক্তি লন পুন্দগী তুঙকনি। নহাক্না অসুক বারিবসিগী মরম ময়ামদু ঐঙোন্দা হায়বিয়ু। মমাঙৈদা দেবতাশিংনা কাওবা লাংলম্বা নঙগী সৌভাগ্যদু য়াম্না পাঙ্গন্বা কাল অদুনা হৌজিক লৌথরবরা ?

নৈনরোল

ভগবান্‌গী কৃপানা লোক খুদিংমক মপুঙ-ফাবা লম্বমগী লোয়নন্না হুৎতি তৌখিবনি। পৃথিবীসিবু মাইদা লৈরিবা জীব পুম্নমক্ থারুবা লম্বুম্না মপুঙ ফাবা লৈত্তেংলম্বদা নত্তনা ভগবান্না পৃথিবীদা অবতার লৌরকপা মতমদা পৃথিবীসি কয়ামুক লৈরেবী ওইরগে হায়ববু মরমগী দেবতাশিংনা মহাকপু মুংশিনা পূজা তৌখি। অদুবু ভগবান্‌গী ইচ্ছাতনা পৃথিবী পুম্নমক অহোংবা অমা থোকহন্‌বা য়াই। মাগী ইচ্ছানা শেমগৎকে নত্তগা শীদোকে হায়বা ওমী। মরমদুনা কনামত্তা মরম্নাই লেপচবা ওমদে হায়বদি ভগবান্‌গী বা ওইদবা য়াদে।

শ্লোক ২৫

ধরণ্যুবাচ
ভবান্ হি বেদ তৎসর্বং যন্মাং ধর্মানুপৃচ্ছসি।
চতুর্ভির্বর্তসে যেন পাদৈর্লোকসুখাবহৈঃ ॥ ২৫ ॥

শব্দার্থ

ধরণী উবাচ—পৃথিবীনা পাওখুম্নমী; ভবান্—নহাক্না; হি—লেপ্পমক; বেদ—খঙ্লী; তৎ সর্বম্—মদু পুম্বা; যৎ—মদু; মাম্—ঐঙোন্দা; ধর্ম—হে ধর্ম; অনুপৃচ্ছসি—মখঙ মখঙ হংলি; চতুর্ভিঃ—মরিনা; বর্তসে—নহাক লৈ; যেন—মদুনা; পাদৈঃ—খোঙনা; লোক—গ্রহলোক; সুখ-আবহৈঃ—নুংঙাইবা হেনৎহল্লিবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(শন অমোমগী মশক লৌরিবা) মালেম-লৈমানা (শল্লাবগী মশক লৌরিবা) ধর্মগী মকমদা খুম্নমী—হে ধর্ম, নঙনা ঐঙোন্দা হংলিবা বা পুম্বা নঙনা খঙবা ওক্লি। অদুবু মাহংশিংদু পাওখুম খুম্নবা ঐহাক হোৎনগে। মতম অমদা নহাকসু খোঙ মরি পাল্লম্বনি অদুগা বিশ্ব ব্রহ্মাণ্ড পুম্নমকী নুংঙাইবদু হেনৎহল্লম্বনি।

নৈনরোল

ধর্মনীতি হায়বসে ভগবান্না লেংবনি। নীতিসি চৎপদি ধর্মরাজ হায়বদি যমরাজনি। হায়রিবা ধর্মসি সত্যযুগতদি চপচানা মপুঙ ফানা চৎলম্মী; ত্রেতা যুগতনা শরুক মরি থোকপগী অহুমদা হুখি; দ্বাপর যুগতনা নীতিশিংগী তংখাই অমত্তমক চংখি অদুগা কলি যুগতনা শরুক মরিগী অমত্তমক চৎপল্লু অসুম অসুম হুম্বরকপনা করিমত্তা চৎলরোই। অদুবগীদি প্রলয় লাকনি। মীপুম খিংনা থঙরে পুল্লপ ওইনা থঙদে ধর্মনীতিসি ঙাকপগী মচাঙ মতুঙ ইন্না পৃথিবীদা নুংঙাইবগী চাং ওইরিবনি। বাধ্যাবিধি কয়া লৈন লৈনমক ধর্মবু ঙাকপদি খ্বাইদগী হেন্‌বা থৌনানি। অসুম্না ধর্ম ঙাক্লবদি পুন্সি তোল্লোইনা নুংঙাইনি অদুগা ভগবান্‌গী নাক্তা হন্‌বা ঙম্মনি।

শ্লোক ২৬-৩০

সত্যং শৌচং দয়া ক্ষান্তিস্ত্যাগঃ সন্তোষ আর্জবম্।
শমো দমস্তপঃ সাম্যং তিতিক্ষোপরতিঃ শ্রুতম্ ॥ ২৬ ॥
জ্ঞানং বিরক্তিরৈশ্বর্যং শৌর্যং তেজো বলং স্মৃতিঃ।
স্বাতন্ত্র্যং কৌশলং কান্তির্ধৈর্যং মার্দবমেব চ ॥ ২৭ ॥

প্রাগল্‌ভ্যং প্রশ্রয়ঃ শীলং সহ ওজো বলং ভগঃ।
গাম্ভীর্য্যং স্থৈর্য্যমাস্তিক্যং কীর্ত্তির্মানোঽনহংকৃতিঃ ॥২৮॥
এতে চান্যে চ ভগবন্নিত্যা যত্র মহাগুণাঃ।
প্রার্থ্যা মহত্ত্বমিচ্ছদ্ভির্ন বিয়ন্তি স্ম কর্হিচিৎ ॥২৯॥
তেনাহং গুণপাত্রেণ শ্রীনিবাসেন সাম্প্রতম্।
শোচামি রহিতংলোকং পাপ্মনা কলিনেক্ষিতম্ ॥ ৩০ ॥

শব্দার্থ

সত্যম্—অচুম্বা; শৌচম্—লু-নান্‌বা; দয়া—অতোপ্পগী দুখ্‌ঙাইতবা উরগা থাওবা ওমদবা, মীনুংশি; ক্ষান্তিঃ—শাওনীংবগী মরম লৈরবসু থাওবা; ত্যাগঃ—থাদোকপা, পুকচেল চাওবা; সন্তোষঃ—পেন্থোকপা; আর্জবম্—পুকচেল-তিংবা; শমঃ—পুক্নীং লেঙদবা; দমঃ—ইন্দ্রিয় খুঠম চন্‌বা; তপঃ—দায়িত্ব চপচানা থৌতুনা চংপা; সাম্যম্—মরূপ অমসুং য়েক্কবা অনীমকপু চপ মান্ননা তৌবা; তিতিক্ষা—অতোপ্পগী মরাল থাওবা; উপরতিঃ—অতোং-অমাঙ থৌশাদবা; শ্রুতম্—শাস্ত্রগী য়া ইন্‌বা; জ্ঞানম্—খঙবা (আত্মা-উপলব্ধি); বিরক্তি—ইন্দ্রিয়সুখ পামদবা; ঐশ্বর্য্যম্—লুচিংবা ওইবা; শৌর্য্যম্—মতেঙ পীনবা থৌবা মথৌ; তেজঃ—মতীক মঙাল্; বলম্—ওইথোক্তববু ওইথোক্‌হন্‌বা; স্মৃতিঃ—মথৌ চপ চাবা করিনো খঙবা; স্বাতন্ত্র্যম্—লমাই-লেপচবা (মী ঙাইদবা); কৌশলম্—থবক্কী লৌঁ; কান্তিঃ—শক্কী ফজবা; ধৈর্য্যম্—পাখস্তবা; মার্দ্দবম্—থম্মোই মেওবা, নুংশিহৈবা; এব—অসুম্না; চ—সু; প্রাগল্‌ভ্যম্—হৈশিংবা (প্রতিভা); প্রশ্রয়ঃ—তপথবা, য়াবিবা; শীলম্—লমচৎ ফজবা, ব্যবহার নাইবা; সহঃ—পুক্নীং চপ য়ুংবা; ওজঃ—মপুঙ ফানা খঙবা; বলম্—চপচানা পাঙথোকপা; ভগঃ—ভোগ তৌনবা পোৎ; গাম্ভীর্য্যম্—চাঙলেম্বা; স্থৈর্য্যম্—লেঙদবা, তয়াং তশোইদবা; আস্তিক্যম্—থাজদবা (শ্রদ্ধা); কীর্ত্তিঃ—মিংচৎ; মানঃ—পুজা তৌনঙাই ওইবা; অনহঙ্কৃতিঃ—নাপন্দবা (ঐনা তৌবনি হায়দবা); এতে—মসি পুম্নমক; চ অন্যে—অতৈ অতৈসু; চ—অমসুং; ভগবান্—ভগবান; নিত্যাঃ—মতমপুম্বগী ওইবা; যত্র—মকমতুদা; মহাগুণাঃ—অচৌবা গুণশিংসি; প্রার্থ্যাঃ—চেনবদা মতীক ওইবা; মহত্ত্বম্—চাউবা; ইচ্ছদ্ভিঃ—অতুম্না পাম্নিবশিংনা; ন—কদৌঙৈদসু ওইদে; বিয়ন্তি স্ম—মহোং তাদ্রবি; কর্হিচিৎ—মতম অমদা; তেন—মহাত্মা (ভগবাম্না); অহম্—ঐ; গুণ পাত্রেণ—গুণ-তুঙ্গনবম; শ্রী—লন্মী মবেম্মা; নিবাসেন—লৈকম্না; (শ্রীনিবাসেন—লক্ষ্মীগী তুঙকম ওইবা ভগবাম্না); সাম্প্রতম্—হন্দক্তা; শোচামি—ঐনা থম্মি; রহিতম্—য়াওদ্রবা; লোকম্—গ্রহলোক; পাপ্মনা—পাপ পুম্নমকী তুঙকম; কলিনা—কলি হায়বথুনা; ঈক্ষিতম্—উরুবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(ভগবান্) মথোন্দা (১) অচুম্বা, (২) লু নান্‌বা, (৩) অতোপ্পগী দুখ্‌ঙাইতবা উরগা থাওবা ওমদবা, (৪) অশাউববু নেমথনবা শক্তি, (৫) পেন্থোকপা, (৬) পুকচেল-তিংবা; (৭) পুক্নীং লোঙদবা, (৮) ইন্দ্রিয় খুঠম চনবা, (৯) দায়িত্ব খঙবা, (১০) চপ মান্ননা য়েংবা, (১১) অতোপ্পগী মরাল থাওবা, (১২) অমাঙ অতোঙ থৌশাদবা, (১৩) থাজবা, (১৪) জ্ঞান, খঙবা, (১৫) ইন্দ্রিয় সুখ পামদবা, (১৬) লুচিংবা ওইবা, (১৭) তেঙবাঙনীংবগী থৌনা, (১৮) মতীক মঙাল্, (১৯) ওইথোক্তববু ওইথোক্‌হনবা, (২০) মথৌ চপ চানা পাঙথোকপা, (২১) মপুঙ ফানা নীঙতম্বা, (২২) থবক হৈবা, (২৩) ফজবা পুম্বনা তিনবা, (২৪) চাঙ-লেম্বা, (২৫) নুংশিহৈবা, (২৬) থবক্কী লৌ, (২৭) পাখস্তবা, (২৮) পুকচেল চাউবা, (২৯) পুক্নীং চপ য়ুংনা লেপ্পা, (৩০) মপুঙ ফাবা জ্ঞান, (৩১) চপ চানা

থবক পাওবা, (৩২) ঙোগ ঙোমবা পোৎ লোইন্না লৈবা, (৩৩) হয়াওবা, (৩৪) লেওদবা, তয়াং-তশোইদবা, (৩৫) থাজবা, (৩৬) মিংচৎ, (৩৭) পূজা, (৩৮) মাপন্দবা, (৩৯) (ভগবান্) ওইবা, (৪০) মতম পুম্বগী ওইবা অমস্তুং মঙোন্দা মতম পুম্বদা লৈবা অদুগা মঙোন্দগী ঙোঙানবা য়াদবা গুণ পুম্বদু লৈ। অকবা অমস্তুং ফজবগী তুঙকম ওইবা ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণদু মালেমদা শায়রম্বা মাগী লীলাশিংদু লোইশনথরে। মহাক্না থূপপ্রবদা কলিগী প্রভাব মায়কৈ মরীমক্তা শন্দোক্লকই, মরমদুনা লৈরিবা কীভমসি উরুবদা ঐহাক সুংঙাইজদে।

## নৈনরোল

পৃথিবীসি মকূপ ভানা গুগাইরগা লৈচে্রং মরীক ময়ামদুগী মশীঙ থীবা য়াই হায়না লৌরব-ফাওবদা ভগবান্গী দিব্য গুণ ময়ামদু কয়ামুক য়াম্বগে হায়বদি ওইথোক্তবা থবক অমনি। ভগবান্ অনন্তদেবনা মশীঙ-থীঙমদবা মরৈ ময়ামদুনা পরমেশ্বর ভগবান্গী গুণশিংদু শীঙথাগে হায়না হোৎনখি অদুবু শীঙনাইদা চহী কয়া চুম্না শীঙথারকপদা লোই-খম্না নাইখিদে হায়না হায়নৈ। মথক্তা পল্লিবা গুণ খরসিদি মীওইবনা ভগবান্বু উবা ঙম্বা শরুক্তুদমক শীঙথারগা ফংবা অদুখক্তনি। অদুম ওইনমক মথকী গুণ খরসিবু অমূক শরুক কয়ামূক থোক্লা মিংথোনবা য়াই। শ্রীলজীব গোস্বামীনা হায়বা মতুং ইন্না, অতোপ্পগী সুংঙাইতবা উরগা থাঙতমদবা গুণ হায়বসিবু (১) চঙজরবা মীবু ঙাকশেন্বা অমসুং (২) ভক্তশিংগী য়াইফনবা থন্বা হায়না গুণ অনী থোক্লা লৌবা য়াই। মীপুম খুদিংনা ভগবান্দদা চঙজরকপদু ভগবান্না পাম্মী অদুগা অসুয়া চঙজরক্লবা মীদুগী পাপ লোইনমক ভগবান্না কোকপিগনি হায়রখিবসি ভগবদ্গীতাদা য়াওরি। চঙজরক্তবা মীশিংদি ভগবান্গী ভক্ত নত্তে, মরমদুনা মরামগীদমকতি থোইদোকপা মঙংগী ঙাকশেন্বা হায়বদু লৈতে। ভক্তশিংগীদমক্তি মহাক্না মথল পুম্নমক্কী য়াইফবা হায়বদু ওইননবা থল্লী। ভগবান্গী প্রেম-সেবাদা চঙলিবা ভক্তশিংগীদি ভগবান্না থোইদোকপা মঙংগী পুক্লীং মচঙদু চঙঙী। অসিগুম্বা মাগী শুদ্ধ ভক্তিশিং মখোয় মখোয়গী মথৌশিং তৌবদা পরমেশ্বর ভগবান্গী নাক তান্না য়োৌবা গুমবগী ওইনা তৌ হায়না ভগবান্না ভাকপী। সামাম্ (চপ মান্নবা য়েংবা) গুণ অসিনা (১০) ভগবান্না গুমীৎনা মাগী মঙান্দু মীপুম খুদিংদা পীবগুম্না মীপুম খুদিংবু চপমান্নবা চান্বী। অদুবু চপ-মান্নবা য়েন্নিবা গুমীৎ মঙাল অদু ফংবা ঙমদবা মী কয়াম্ভ লৈ। মতৌ অদুগুম্না, ভগবান্না হায় মত্থদি—মঙোন্দা চঙজরবদি চঙজরকপা মীদুবু মহাক্না ঙাকশেন্বা হায়বদু শোয়জবনি; অদুবু লাইবকথীবা মীশিংনা ভগবান্গী বাসি লৌজবা ঙমদে, মরমদুনা মখোয়না সংসারগী অবাবা কয়াম্না ফংঙী। মরমসিনা ভগবান্না লোইনমক্কী চপমান্নবা য়াইফনবা থল্লবম্ভ লাইবক-থীবা জীবশিংনা সজ ফত্তবদগী ভগবানগী পাউতাক অদু পুম্না লোজবা ঙমদে, মদুগীদমক ভগবান্গী মরাল ওইবা য়াদে। মহাকপু ভক্তশিংদগী য়াইফনবা-নীঙবম্নি হায়নৈ। মহাকপু ভক্তশিংগী মীচঙ চঙঙী হায়, তশেংবদি ভগবান্গী চপমান্নবা মীৎয়েংদু ফংবা ফংদবদি জীবশিংগী বাদা লৈবনি।

ভগবান্দি কদৌডৈদম্ভ মানা হায়খিবা বাদু হোংদে। মানা ঙাকশেনবিগনি হায়প্রবদুদি কীভম পুম্নমক্তা শোয়দনা ঙাক্লে। ভগবান্না মৎত্রগা ভগবান্গী প্রতিনিধি ওইবা গুরুনা শুদ্ধ ভক্তনা শিন্নরিবা মথৌদু পাঙথোক্লবা ভক্তদুনা কাওদনা লৈবদি ভক্তদুগী মথৌনি। মথা ভাথরকপদি ভগবান্না অদুম শোয়দনমক পাঙথোকপীগনি।

ভগবান্গী দায়িত্বশু খ্বাইগা মায়নবনি। মাগী দায়িত্ব লৈতে, মরমদি মাগী থবক পুম্নদি মহাত্মা হাপ্না মথল মথাগী শক্তিশিংনা পাঙথোকপা ওাক্লি। অদুমকপু মহাক্কী দিব্য ওইবা লীলাশিংদা মাগী মথল মথাগী থৌবাংবা উৎননবা মংম্নাই ওইনা চোংথোক্তুনা দায়িত্ব লৌবশু য়াওই। মুপামচা অমা ওইনা মহাক শঙ্খেমহাগী থবক তৌথি। নন্দ মহারাজগী মচামুপা অমা ওইবনা মহাক্কী মথৌত্থ চপ চানা তৌরম্মী। মতৌ অদুম্না, মহাত্মা মহারাজ বসুদেবগী মচা অমা ওইনা ক্ষত্রিয় মচাগী থৌ তৌরম্বা মতমদা মহাক চপ চানা লাল-পাম্বা ক্ষত্রিয় ভমগুম্না হৈশিংবা উৎখি। অয়াম্বা মতমদা, ক্ষত্রিয় নিংথৌদি লাম্বেংনত্থনা নংত্রগা মৃন্দুনা মুপী থিনৈ। ক্ষত্রিয় মচাগী মসিগুম্বা শাঙ্কৎসি থাগৎনওাইনি মরমদি ক্ষত্রিয় অমগী মচামুপীনা মপুরোইবা ওইগদৌরিবা মুপাত্থগী মথৌনাত্থ ক্ষত্রিয় মচাত্থনা উৎকম থোকই। ভগবান্ শ্রীরামচন্দ্র কাওবা অসিগুম্বা থৌনা উৎপসি মাগী লুহোংবা মতমদা তৌথি। মহাত্মা হরধনু কৌবা খ্বাইদগী হেন্না কনবা লীরুংতেন অত্থ থুদেক্লগা লল্লেমা সীতাদেবীবু লৌথি। ক্ষত্রিয়গী লিংজেল লুহোংবা মতমদা হেক হেক উৎনৈ, মসুম্না উৎপা লালদি করিমতা দোষ-চেন্দবনি। ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণশু মসিগুম্বা দায়িত্বসে মপুঙফানা পাঙথোকখি, মরমদি মাগী লৈমা লীশীঙ তরাতক্লক লৈরম্লবসু, মথোয় খুদিংগী মতাঙদা শ্রীকৃষ্ণনা অথৌবা ক্ষত্রিয় মচাগুম্না লাম্বেংনখি অত্থগা অত্থম তৌরগা লৈমশিংত্থ কংখি। লৈম লীশীঙ তরাতক্লক লুহোংনবা লাল লীশীঙ তরাতক্লক তৌবা হায়বসে পরমেশ্বর ভগবান্গী মতাঙদদা ওইথোকপনি। মতৌ অসিগুম্না মাগী মথল মথাগী লীলাদা মপুঙ ফাবা দায়িত্ব উৎখি।

তরামরিগুবা গুণ 'জ্ঞান' হায়বসি অমূক পোৎলম মঙাথোক্লা খায়দোকপা য়াই, মথোয়ত্থদি (১) বুদ্ধি লৌশিং, (২) তৌবিমল খঙবা, (৩) দেশ, কাল, পাত্র (থবক্কী মফম, মতম অমসুং মীতা) খঙবা, (৪) পোৎলম থৌরম খুদিং মুম্না খঙবা, অমসুং (৫) আত্মাবু খঙবা—মঙাসিনি। অপঙবশিংদনা মথোয়গী কান্নবা তৌরকপা মীগী তৌবিমল খঙদে। অত্থম ওইনমক ভগবান্দি মহাক মশামক নত্তুনা অতৈ অমদগী মত্তেঙ পামদে মরমদি মহাক মথন্তুনা মপুঙ ফাবনি; অত্থম ওইনমক মহাক্কী ভক্তশিংগী পুক্নীং লোঙদবা সেবা ফংবদা ভগবান্না মহাক্কী কান্নবা ফংলে হায়না থল্লী। ভক্ত মশাগী ওইজবা থিরুদবা সেবাগীদমক ভক্তশিংগী মফমদা তৌবিমল খঙবা উৎলি অত্থগা ভক্তত্থনা পামত্রবসু ভক্তগী লমন শিংনবা হোৎনৈ। ভগবান্গী মফমদা তৌবা দিব্য সেবাত্থমক ভক্ত মশামক্কী কান্নবা অমনি, মরমত্থনা অতৈ অতোপ্পা পোৎ অমা ভক্তনা ভগবান্দগী ফংনীংবা লৈতে। ব্রহ্মসূত্র 'সর্ব্বং খল্বিদং ব্রহ্ম' হায়বসিনা ঐখোয়না খঙবদি মাগী ব্রহ্মজ্যোতি কৌবা মঙাল্লা মফম পুম্নমক শীম্মৎনা লৈবনিনা প্রাকৃত আকাশনা শীম্মৎবগুম্না ভগবানগী মঙাল্লা পোৎ খুদিংগী মুং-পান অনীমক কৃপ্পনিনা ভগবান্না পুঙথঙ খঙঙী।

ভগবান্গী শকক্তজবগী ব্রা হায়বা তারবদি জীব অতৈদা য়াওদবা মাগী থোইদোকপা শক্তম অমা লৈ, অত্থগীসু মথক্তা মাগী থোইদোকপা পুক্নীং হুবা করি হায়নি শ্রীমতী রাধারাণীবুসু শুমহৎ-ঙম্বা ফজরবা শক্তম করামুকসু লৈ। রাধারাণী হায়বসিদি ভগবান্গী স্পষ্টিলক্তা খ্বাইদগী পুঙহেনবী মকোক্লি। রাধারাণীবু শুমহৎঙশনি হায়ত্থনা শ্রীকৃষ্ণবু মদনমোহন হায়বদি মদনবুসু শুমহৎঙম্বা হায়না খঙনৈ। শ্রীল জীব গোস্বামীনা হন্-হন্দুনা থিরগা ভগবানগী দিব্য গুণশিংত্থ মাচা খায়না উৎলম্মী অত্থগা শ্রীকৃষ্ণবু পরমব্রহ্মনি হায়রম্মী। মীওইবগী ধাখলনা লাম্বা ভমদবা শক্তিশিং লৈবনা মহাক সর্ব্বশক্তিমাননি, মরমত্থনা মহাক যোগেশ্বরনি হায়বদি যৌগিক শক্তি পুম্নগী মপু মকোক্লি। যোগেশ্বর ওইবা মরম্না মাগী নিত্যরূপ অত্থ দিব্যনি হায়বদি সচ্চিদানন্দ বিগ্রহনি

ভক্ত-নত্তবা মীভানা মাগী অসমোর্দ্ধ জ্ঞানদি অসমের্দ্ধনি (হেক্লৎতুনদা লৈ) হায়বা খণ্ডদে মরমদি মখোয়না মাগী নিত্য-চিন্ময় ওইবা রূপ অদু ফংলগা পেল্লী। মহাত্মাশিংনা ভগবান্‌গা মান্ননা জ্ঞান লৈবা পাম্মী। মসিগী অর্থদি জ্ঞান অতৈদি বাৎতুনদা লৈ, হোংদোক হোংজিন য়াই অদুগা ওমথৈ নাইবনি, অদুগা ভগবানগী জ্ঞানদি লেঙদবনি (অব্যয়নি) অদুগা ওমথৈ নাইদবনি (অসীম-নি)। ভাগবতম্‌দা শ্রীল সূত গোস্বামীনা হায় মদুদি—মহাকপু দ্বারকাবাসী প্রজাশিংনা ছুমীৎ খুদিংগী উবা ফংলবসু মহাকপু হন্না হন্না উনীংবগী খোয়রাঙবদু অনুম অনুম হেক্লৎলক্কুনা লৈ। জীবশিংনা ভগবান্‌গী গুণশিংবু অরোইবী পম্বুংনি হায়বা খঙঙী অদুবু গুণশিংদু অদুম মান্ননা লৈ হায়বদু মখোয়না খঙদে। প্রাকৃত জগৎসি মহত্তত্ত্বদগী পোকপনি, মহত্তত্ত্ব হায়বসিদি ভগবান্না কারণ-সমুদ্রগী ঈয়াইদা যোগনিদ্রাদা লৈবগী মঙ মঙবগী ফিভম্নি। মঙ ওইরবসু সৃষ্টি পূম্বা মাগী সৃষ্টিদু চাননা উংপা মাল্লী। মসি হায়বগী অর্থদি অসিনি; মদুদি—ভগবান্‌গী মঙগী কীভমশিংদু অওইবা শকউং ঙাক্লি। মরমদুনা মহাক্না লোইনমকপু খুদুম চল্লী, মদুনা মহাক্না অবতার তৌবা মতম মতমদা অমসুং মকম মকমদা মহাক পূর্ণ ওইনা তৌই।

মথক্তা হায়রিবা গুণশিংসিগী মপু ওইবনিনা ভগবান্দি মাগী সৃষ্টিবু ঙাকশেল্লী; মদুম্না তৌবা মরম্না মহাক্না মহাক্কী য়েক্লবদা কাওবা মানা হাৎলগা মুক্তি পীনবী। মুক্তলকী মকোক ওইবা আত্মাদুগী মফমদা কাওবা ভগবান্দি পূক্নীং হুনবগী মশক্নি। মরমদুনা মহাক দেবতাশিংগী মরক্তা খ্বাইদগী চাউবা ব্রহ্মা অমসুং শিব অনীগী কাওবা পূজা তৌনঙাই ওইরিবনি। পুরুষ অবতার ওইরকাওবদা মহাক সৃজনি শক্তিগী (শেম্বা পাক্তনগী) মবুংঙোনি। প্রাকৃত সৃজনি শক্তিনা ময়াথংইন্দুনা থবক তৌরিবনি হায়বসি ভগবদ্গীতাদা য়াওরিবনি (৯।১০)। মহাক্না প্রকৃতিবু নিয়ন্ত্রণ তৌবা নিয়ন্তানি (হায়বদি প্রকৃতিনা মাগী য়াথং মথা পোল্লী), অদুনা শীঙনাইদবা ব্রহ্মাণ্ড ময়ামগী মনুঙদা প্রাকৃত শক্তিবু নিয়ন্ত্রন তৌনবগীদমক ব্রহ্মাণ্ড পূন্নমক্তা তৌরিবা শীঙনাইদবা অবতার-শিংগী মরুদি মহাক্নি। বিশ্বব্রহ্মাণ্ড অমথক্তদা তৌরিবা মনুগী অবতারসি লীশীঙ লীশীঙদু চাম-ঙাখক্তগী (৫০০০০০) হেল্লী, অদুগী মথক্তা ব্রহ্মাণ্ড অতৈগী অবতার ময়াম অমসু লৈরিবনি। অদুম ওইনমক মহত্তত্ত্বগী রাংমদা লৈবা চিন্ময় জগৎতদি অবতার লৈতে, মফমদুদদি বৈকুণ্ঠলোক ময়ামদুদা ভগবান্‌গী প্রকাশ ঙাক্তনি। মহত্তত্ত্বদা লৈবা শীঙনাইদবা ব্রহ্মাণ্ডশিংগী মনুঙদা লৈরিবা গ্রহলোকশিংগী শরুক অদুম হেন্না চিন্ময় আকাশগী গ্রহলোক লৈ। ভগবান্‌গী নারায়ণ রূপ পূন্নমক মহাক্কী বূ্যহ বাসুদেবগী প্রকাশ ঙাক্তনি, মতৌ অদুম্না তৌবনা মহাক মতম অমতদা বাসুদেব, নারায়ণ, কৃষ্ণ অহুম্মক্নি। মহাক শ্রীকৃষ্ণ গোবিন্দ হরে মুরারে, হে নাথ নারায়ণ, বাসুদেব হায়রিবা পূন্নমক অমতনি। মরমদুনা মী অমনা লক্না অচৌবা ওইদুনসু ভগবান্‌গী গুণ ময়ামদুগী মশীঙ থাবা ঙম্মোই।

শ্লোক ৩১

**আত্মানং চানুশোচামি ভবন্তং চামরোত্তমম্।**
**দেবান্ পিতৃনৃষীন্ সাধূন্ সর্ব্বান্ বর্ণাংস্তথাশ্রমান্ ॥ ৩১ ॥**

শব্দার্থ

আত্মানম্—ইশাবু; চ—সু; অনুশোচামি—ভেংথারিবনি; ভবন্তম্—নশামক; চ—অমসুং; অমর উত্তমম্—দেবতা-মকোক; দেবান্—দেবশিংগী; পিতৃন্—পিতৃলোকবাসী ইপা-ইপুশিংগী; ঋষীন্—ঋষিশিংগী; সাধূন্—ভক্তশিংগী; সর্ব্বান্—লোইনমক; বর্ণান্—বর্ণশিংগী; তথা—মদুম্না; আশ্রমান্—আশ্রমশিংগী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে দেবতাশিংগী মরক্তা থোইন্নিবা মকোক, ঐনা চিন্তা তৌরিবসে ইশাগীনু, নহাক্কীনু, লাইয়ামগীনু, ঋষিশিংগীনু, পিতৃলোকী ইপা-ইপুশিংগীনু, ভগবদ্ভক্তশিংগীনু, অদুগা বর্ণাশ্রম ধর্ম্ম চৎপা মীওইবশিংগীনু—লোইনমক্কীদমক্নি।

নৈনরোল

মীওইবগী পুন্সিবু মপূঙ ফাহনবগীদমক মীওইবশিং, দেবতাশিং, ঋষিশিং, পিতৃলোকবাসীশিং, ভগবদ্ভক্তশিং অমদি বর্ণাশ্রম কৌবা মরীকচুম্বা ধর্ম্ম—পুম্নমক্সে অমগা অমগা চপ মান্ননা চথম্নিরে। মীগা শাগা খেন্নবসি বর্ণাশ্রম ধর্ম্ম লিংবদগী হৌই; বর্ণাশ্রম ধর্ম্মসি লিংবদা দেবতাশিংগা সম্বন্ধ লৈনবদগী ঋষিশিংনা কংলবা জ্ঞান অদুনা লৌচিং ওইদুনা লিংবনি; ঋষিশিংনা দেবতাগা মরী লৈনবদগী অসুম অসুম কাখৎখিদুনা কাইনথংদা অদ্বয়তত্ত্ব পরব্রহ্ম পরমেশ্বর ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগা লৈনবা নিত্য সম্বন্ধদু অমুক হন্না কংননবগী মতাঙদু ফাওবা য়ৌবা ঙমী। শারমচৎ থাদোক্লবা অদুদগী মীওইবগী লৌচৎ খঙলগা অদুদগী লাই-লৌচৎ খঙবা ঙমনবা হায়দুনা ভগবান্না লিংখিবা বর্ণাশ্রম ধর্ম্মসিবু মীওইবনা পঙথবা হেন্‌জন্নকপদগী থুগায়রকপা মতমদা মরাতপা ইংনা চাউখৎতুনা লৈরম্বা পুন্সিদু ক য়বা হৌই। কলিযুগ অসিদদি হু-চেন্‌বা তাঙজ-লিন্না ইহান্ হান্না চীকপসি ভগবান্না লিংবা বর্ণাশ্রমসিবুনি; অদুনা ব্রাহ্মণগুম্না গুণ মতীকচানা চেন্নবা মীবু মানা পোক্লুবা মরম অধিকার মতুং ইন্না শূদ্র কৌরে অদুগা গুণগী মতুং ইন্না শূদ্র ওইগদবা মীনা ব্রাহ্মণগী ইমুংদা পোকখি হায়দুনা ব্রাহ্মণ কৌরে। ব্রাহ্মণ ওইগে হায়রবদি ব্রাহ্মণগী ইমুংদা পোকপা চুম্মী হায়বা বাকম ঙাক্লবনু, ব্রাহ্মণগী ইমুংদা পোকপদনা ব্রাহ্মণ ওইবা হায়বদুনি চুমদবা বানি। মন ও মসুং ইন্দ্রিয় পুম্নবু সংযম তৌবা (ফাজিনবা), মীগী মরাল লৌবিদবা, চম্না লেনবা, লু-নানবা, জ্ঞান, অওইবা ঙাঙবা, ভক্তি অমসুং বৈদিক জ্ঞানবু থাজবা—অসি মন্নামসি লৈববু ব্রাহ্মণগী ফংঙবা গুণ কৌই। আধুনিক যুগ অসিদদি চঙদবা য়াত্রবা গুণগী বা খন্নদে, পোকফম শাগৈগী মতুং ইন্না তৌবা ওইদবা মখলগী দাবীবু খ্বাইনা পান্নরিবা রামচরিতমানস লেংলম্বা মহাক্না ফাওবা সমর্থন তৌই।

মসি পুম্নমক কলি যুগগী প্রভাবনি। মরমদুনা মালেম পৃথিবীনা শন্ অমোমগী শক লৌরগা মুংঙাইত্রবা কীভসু খন্নুবদা তেংথান্নিবনি।

শ্লোক ৩২-৩৩

ব্রহ্মাদয়ো বহুতিথং যদপাঙ্গমোক্ষ-
কামাস্তপঃ সমচরন্ ভগবৎপ্রপন্নাঃ।
সা শ্রীঃ স্ববাসমরবিন্দবনং বিহায়
যৎপাদসৌভগমলং ভজতেঽনুরক্তা॥ ৩২॥
তস্যাহমব্জকুলিশাঙ্কুশকেতুকেতৈঃ
শ্রীমৎপদৈর্ভগবতঃ সমলংকৃতাঙ্গী।
ত্রীনত্যরোচ উপলভ্য ততো বিভূতিং
লোকান্ স মাং ব্যসৃজদুৎস্ময়তীং তদন্তে॥ ৩৩॥

শব্দার্থ

ব্রহ্মাদয়ঃ—ব্রহ্মানচিংবা দেবতাশিংনা; বহু-তিথম্—মুমীৎশিঙবুম য়াম্না; যৎ—লল্-লাইরৈমা লক্ষ্মীগী; অপাঙ্গ-মোক্ষ—মীৎচিগী মীৎয়েং; কামাঃ—পাম্নশিংনা; তপ—তপ; সমচরন্—তৌদুনা; ভগবৎ—ভগবান্দা; প্রপন্নাঃ—চঙজরম্মী; সা—মহাক (লক্ষ্মী); শ্রীঃ—লক্ষ্মীজি; স্ববাসম্—মান্নাইগী য়ুম; অরবিন্দবনম্—থম্বালগী বন; বিহায়—থাদোক্লুনা; যৎ—মহাকী; পাদ—খোঙপাক; সৌভগম্—ফজবহু; অলম্—পূর্নীং হন্‌বা লৈতনা; ভজতে—নীঙ্গী; অনুরক্তা—থবাই লুম্না; তস্য—মহাকী (ভগবান্‌গী); অহম্—ঐনা; অব্জ—থম্বাল লৈরাং; কুলিশ—বজ্র; অঙ্কুশ—শামু কাটি; কেতু—ফীরান্; কেতৈঃ—চিহ্নশিংনা; শ্রীমৎ—লল পুম্নমক্কী মপু; পদৈঃ—খুয়ানা; ভগবতঃ—ভগবান্‌গী; সমলঙ্কৃতাঙ্গী—লৈত্তেংলবা হুকচাঙনা মাগী ওইবা অহুগুম্বা মহাক; ত্রীন্—অহুম; অতি—য়াম্না হেন্না; অরোচ—লৈত্তেংলম্মী; উপলভ্য—ফংলহুনা; ততঃ—অহুগী তুংদা; বিভূতিম্—থোইদোকপা শক্তি; লোকান্—লোক (মরোল); সঃ—মহাক; মাম্—ঐবু; বাস্‌স্পৎ—থ'দোকখি; উৎস্ময়তীম্—নাপন-তৌরিবী; তৎ অন্তে—মহুগী তুংদা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ব্রহ্মানচিংবা লাইয়াম্না মাগী মীৎ'চিগী থৌজাল পামজরিবা অহুগা মাবু ফংনবা হায়দুনা লাইয়াম্না মুমীৎ য়াম্না ভগবান্‌গী খোঙ-থম্বাল্দ চঙজরিবা—অহুগুম্বী মা হায়বদি লল্‌গী মবেম্মা লক্ষ্মীজিদুনা মাগী থম্বানবন্নুংদা লৈবা ময়ুম থাদোক্লগা ভগবান্‌গী খোঙ-থম্বাল সেবা পামজনা তৌখি। ভগবান্‌গী খোঙ-থম্বালগী ধ্বজ (ফীরান্), বজ্র (নোংমৈশীঙকঙ), অঙ্কুশ (শামু-কাটি) অমসুং পদ্ম (থম্বাল) চিহ্ননা লৈত্তেংদুনা ঐহাকসে লৈত্তেংলবা ময়াম্না মরোল অহুমগী ললবু হেন্দোক্না শক্তি ঐগী ওইরকখি। অহুবু মমৈদা ঐহাক লাইবক করে হায়না নাপল তৌরুবদগী ভগবান্না (নাপল-পূকচেল কোকহুম্নবা হায়দুনা) ঐবু থাদো'কখি।

নৈনরোল

জগৎকী ফজবা অহুগা লল হেনগৎহন্‌বদি ভগবান্‌গী কৃপাতনা য়াই, মীওইবগী খুজীন্-থৌরাংনা য়াদে। ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনা মালেমদা লৈরিঙৈদা মখোঙ-থম্বালগী থ্বাইগা মান্নদবা চিহ্নশিংদুগী মমি পৃথিবীগী লৈমায়থক্তা তারম্মী। মহুগুম্বা থোইদোকপা কৃপাগী কল ওইনা পৃথিবী পুম্বা মপুঙ কাখি। রাহে অমরোমদা হায়রগা, মী অমসুং শা-শলগী পোৎচঙ হুল্লিবা তুরেল, সমুদ্র, বন, চীঙ অমদি খোং পুম্নমক্না মখোয় এখোয়গী মখোশিংদু মপুঙযানা পাঙথোক্লম্মী। মরমসিনা পৃথিবীগী মরম্না ব্রহ্মাণ্ডদা লৈরিবা মরোল অহুমগী মরন্দগী হেল্লম্মী। মরমসিনা মালেমসিদা ভগবানগী কৃপাসি মতম পুম্বদা ঐখোয়না প্রার্থনা তৌফম থোকয়ি, মহু ওইরবদি মহাকী মমল-য়াওদবা কৃপা ফংদুনা অরাং-অপা লৈতনা ঐখোয় মুংঙাইবা ঙমগনি। ভগবান্‌গী তৌগদবা লীলা লোইদুনা মাগী ধামদা লেঙবগী মমক মালেমসি থাদোকপ্রবা মতুংদা মাবু করম্না খাম্না ঙমগনি হায়না কনাগুম্বনা হংবা য়াই। মহুগী পাউখুমদি ভগবান্‌বু থামগদবা নত্তে হায়বসিনি। ভগবান্দি মফম খুদিং শীঙ্নুংনা লৈবনিনা ঐখোয়নবু পাম্নবদি ঐখোয়গী নাক্তা লৈহন্‌বা য়াই। ঐখোয়না মাগী নাম শ্রবণ-কীর্ত্তন-স্মরনচিংবা তৌদুনা মাগী সেবাদা লুপ্নবদি সর্ব্বব্যাপী ওইরা মহাক্তি ঐখোয়গা মতমপুম্বদা লোয়নদুনা লৈবা য়াই।

ভগবান্‌গা মরী লৈনদবা পোৎ অমতা জগৎসিদা লৈতে। ঐখোয়না খঙগদবা হায়রবনু মাগা লৈনরিবা মরীগী মরমদু হন্দুনা থিবা অহুগা অপরাধ-লৈতবা সেবা তৌদুনা মাগা মরী লৈননবা তৌবহু খঙগদবনি। ভগবান্‌গী মহুৎ ওইবা খোম্না মাগা ঐখোয়গা মরী থম্বা য়াই। ভগবান্‌গী পবিত্র নামগা

ভগবান্‌গা অমত্তনি। কনাগুম্বনা অপরাধ-য়াওদবা মওংদা ভগবান্‌গী পবিত্র নাম অদু কীর্ত্তন তৌরবদি ভগবান্না মাগী মমাওদা লৈরবনি হায়বসি খুদক্তা মহাক্না উপলব্ধি তৌগনি। রেডিওগী মখোল্না রৈরকপা মাল্লনা খোন্‌গী মরী লৈনবগী বাদু থরদং ওইরবসু খওডী, অদুনা দিব্য শব্দগী মনিল্লা ঐখোয়গী নাক্তা ভগবান্ লৈরে হায়বদু তশেংনা খঙবা ঙম্মী। যুগ অসিদদি কলিনা পোৎ খুদিংবু মোৎহল্লবনিনা, ভগবান্‌গী নাম শোল্লগা ঐখোয় খুদক্তা কলিগী অমোৎপা কীভমদগী লান্থোকপা ঙমদুনা সম্বন্ধ ওইদুনা ভগবান্‌গী নাক্তা চংপা ঙমগনি হায়বসি শাস্ত্রনসু হায় অদুগা ভগবান্ চৈতন্য মহাপ্রভুনসু প্রচার তৌরম্মী। অপরাধ-লৈতনা নাম শোন্‌বা মীদি ভগবান্‌মক্‌ন্না মঙ্গলগী মশক্লি অদুগা ভগবান্‌গী শুদ্ধ ভক্তশিংনা জগৎ শীম্বুংনা চংলবদি জগৎকী অরা-অনা লোইনা কোকনি। ভগবান্‌গী পবিত্র নাম কীর্ত্তন তৌববু শন্দোকপদনা ঐখোয় কলিযুগগী প্রভাবত্তগী লীংখোকপা ঙমগনি।

### শ্লোক ৩৪

যো বৈ মমাতিভরমাসুরবংশরাজ্ঞা-
মক্ষৌহিণীশতমপানুদদাত্মতন্ত্রঃ।
ত্বাং দুঃস্থমূনপদমাত্মনি পৌরুষেণ
সম্পাদয়ন্ যদুষু রম্যমবিভ্রদঙ্গম্ ॥ ৩৪ ॥

### শব্দার্থ

যঃ—মহাক; বৈ—লেপ্পমক; মম—ঐগী; অতিভরম্—কাহেল্লা লুম্বা; আসুরবংশ—লাইথাজদবা শাগে; রাজ্ঞম্—নিংথৌশিংগী; অক্ষৌহিণী—অক্ষৌহিণী ফৌজ (রথ ২১,৮৭০, শামু ২১,৮৭০, খোঙলাম্মী ১০৯,৩৫০ অমসুং শগোল ৬৫,৬১০); শতম্—চামা; অপানুদৎ—তুম্‌হন্‌খি; আত্মতন্ত্রঃ—মনীঙ-তম্বা; ত্বাম্—নঙোন্দা; দুঃস্থম্—অরাবদা তারবা; উনপদম্—লেপ্পবা খোঙ-য়াওদ্রবা; আত্মনি—নশাদা; পৌরুষেণ—পাঙ্গল্না; সম্পাদয়ন্—পাঙথোক্তুনা; যদুষু—যদু শাগেদা; রম্যম্—ফজরবা; অবিভ্রৎ—লৌথি; অঙ্গম্—হকচাঙ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে ধর্ম্ম, অসুরবংশদা পোকপা নিংথৌশিংগী অক্ষৌহিণী লাম্মী চাম চামনা নৈরম্বদা অরুম্বা খাঙহন্দ্রবা ঐহাকপু মনীঙ তম্বা ভগবান্না ঐগী পোৎলুম অদু কোকহনবিখি। মতৌ অদুগুম্না নহাকসু খোঙ-লেপ্পা ঙমদবদগী রারম্বা অদুদা নঙগী অরাবা কোকহন্‌বিগে হায়দুনা মাগী মপাঙ্গল্না যদুবংশদা পোক্লগা পুক্রীং হুনঙাই দেহ লৌবিখি।

### নৈনরোল

অসুরশিংদি অতোপ্পগী মুংঙাইবদা কায়রবকাওবদা মশাগী ইন্দ্রিয় পেন্নবা পুক্নি লেল্লীঙডী। মখোয়গী আশাসি থুংননবা হায়দুনা অসুরশিংনা থোইদোক-হেন্দোক্লা নাস্তিক ওইবা নিংথৌশিং নত্রগা লৈপাক-পুবা অঙম্বশিংনা শাস্তিপূর্ণ ওইবা সমাজদা লাল থোকহল্লবগীদমক্তা মী-শিব-য়াবা থৃংলাই থৌরাংনবা হোৎনৈ। মশা মশাগী মথোই-কানা চাওখৎনবা তৌবা নত্তনা মখোয় অতৈ অমা পামদে। মতৌ অসিদা মালেমনৈমনা মখোয়গী লাল্লা নীঙবা থৌরাংনা কাহেল্লকপদগী য়াম্না লুম্না খাঙখী। অসুরগী মশীঙ হেজৎলকপনা ধর্ম্ম-চেণবা মীশিংনা থোইদোক হেন্দোক্লা ভক্তশিং অমদি দেবশিংসু লৈবদা মুংঙাইরক্তে।

অসিগুম্বা কীভম মতা লাক্লবদা পরমেশ্বর ভগবান্না পাম্লদ্রবা অসুরশিংবু মায়থীবা পীননবা অদুগা ধর্ম্ম-মত্ত লিংনবা অবতার তৌয়ি। মসিনি শ্রীকৃষ্ণনা পাঙথোক্লদবা থবক্তি অদুগা মহাক্না থবক্তু পাঙনু পাঙথোকখি।

### শ্লোক ৩৫

**কা বা সহেত বিরহং পুরুষোত্তমস্য**
**প্রেমাবলোকরুচিরস্মিতবল্গুজল্পৈঃ।**
**স্থৈর্য্যং সমানমহরন্মধুমানিনীনাং**
**রোমোৎসবো মম যদঙ্ঘ্রি বিটঙ্কিতায়াঃ ॥ ৩৫ ॥**

### শব্দার্থ

কা—কনা; বা—অমনা; সহেত—খাঙবা ঙমগনি; বিরহম্—কায়নবা; পুরুষ-উত্তমস্য—পরমেশ্বর ভগবান্গী; প্রেম—নুংশিবা; অবলোক—মীৎয়েং; রুচির-স্মিত—পেন্নখাই মনোক; বল্গুজল্পৈঃ—খোম্থুম্বা বাঙাঙনা; স্থৈর্য্যম্—চীঙলেম্বা, লেঙদবা; সমানম্—মান হায়বত্থগা লোয়ননা; অহরন্—মায়থীবা পীখি; মধুমানিনীনাম্—নুংশি-ওইনচাওবী সত্যভামানচিংবীবু; রোম-উৎসবঃ—হরাও তুজুংবা; মম—ঐগী; যৎ—মহাকী; অঙ্ঘ্রি—খোঙ; বিটঙ্কিতায়াঃ—খোঙগুন্ তাবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মরমত্থনা পরমেশ্বর ভগবান্গা কায়নববু কনানা খাঙবা ঙমগদগে? মগাক্তি সত্যভামানচিংবী কান্তাশিংগী মান অত্থবু অমস্থুং চীঙলেম্ববু মাগী মীৎচিগী নুংশি মীৎয়েংনা, পেন্নখাই ওইবা হাইনোন্না অমস্থুং খোম্থুম্বা বাঙাঙনা মায়থীবা পীখি। মাগী খোঙ-থম্বান্না ঐঙোন্দা নেৎপীবদা ঐঙোন্দা নাপীনা তুগী মশক ওইত্থনা ঐনা পুক্কীং-তুজুং হরাওজে।

### নৈনরোল

ভগবান্গা মাগী লৈমা লীশীঙ লীশীঙগা ভগবান্না শন্নাই থাদোকপা মতমদা কয়ারক কায়নবগী তান্জা লৈখি। অত্থবু ভগবান্গা মালেমলৈমগা লৈনরম্বা মরীগী বা হায়রগদি, ভগবান্না কোয়না লেঙবদা মখোঙ থম্বান্না মালেম পৃথিবীবু শোক-শোক্তুনা লেঙলম্বনীনা ভগবান্গা মালেমলৈমগা থক কায়নখিদে। অত্থবু ভগবান্না মালেম থাদোক্তুনা মাগী পরমধামদা লেংখিবত্থদদি মালেমলৈমগী ওইরম্বা কায়নমৈচাক ঙত্থ থমথেংখি।

**তয়োরেবং কথয়তোঃ পৃথিবীধর্ম্ময়োস্তদা।**
**পরীক্ষিন্নাম রাজর্ষি প্রাপ্তঃ প্রাচীং সরস্বতীম্ ॥ ৩৬ ॥**

### শব্দার্থ

তয়োঃ—অনীগী; এবম্—অসুম্না; কথয়তঃ—ঙাঙনরম্বা; পৃথিবী—মালেমলৈমা; ধর্ম্ময়োঃ—ধর্ম্মগী; তদা—মতমত্থদা; পরীক্ষিৎ-নাম—পরীক্ষিৎ কৌবা; রাজর্ষি—নিংথৌলক্তা ঋষিস্থ ওইবা নিংথৌ; প্রাপ্তঃ—থুংখি; প্রাচীম্—নোংপোকপাংলিবী; সরস্বতীম্—সরস্বতী তুরেল।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মালেম লৈমগা ধর্ম্মগা অনীনা ঋরী শারিঙৈদা পরীক্ষিৎ কৌবা রাজর্ষিনা নোংপোক-পাংবী সরস্বতী তুরেল য়োৌখি।

অসুম্না শ্রীমদ্ভাগবতমগী অহান্বা স্কন্দা 'পরীক্ষিৎনা কলিগা উনবা' কৌবা তরাতরুকশুবা অধ্যায়গী ভক্তিবেদান্ত নৈনরোল লোইরে।

# তরাত্তরেৎশুবা অধ্যায়

## কলিদা পীবা দণ্ডি অমস্তুং মনা

শ্লোক ১

সূত উবাচ
তত্র গোমিথুনং রাজা হন্যমানমনাথবৎ।
দণ্ডহস্তং চ বৃষলং দদৃশে নৃপলাঞ্ছনম্ ॥ ১ ॥

শব্দার্থ

সূতঃ উবাচ—শ্রীসূত গোস্বামীনা হায়; তত্র—মফমদুদা ( কুরুক্ষেত্রদা ); গোমিথুনম্—শল লাবগা অমোমগবু; রাজা—নিংথৌনা; হন্যমানম্—হাৎকদৌরম্বা; অনাথবৎ—মপু-পান্দবগুম্বা; দণ্ডহস্তম্—খুত্তা-চৈ-পায়বা; চ—অমস্তুং; বৃষলম্—জাৎ-তোনবা শূদ্রবু; দদৃশে—উখি; নৃপলাঞ্ছনম্—নিংথৌগী ফিজেৎ শেৎপা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সূত গোস্বামীনা হায়রম্মী—মফমদু য়োরগা মহারাজ পরীক্ষিৎনা নিংথৌগী ফিজেৎ শেৎপা শূদ্র অমনা খুত্তা চৈ-পায়দুনা শল লাবা অমগা অমোম অমগবু মপু পান্দ্রবগুম্বা ফুরম্বদু উরুরে।

নৈনরোল

জাৎ-তোনবা শূদ্রশিংনা হায়বদি ব্রহ্মণ্য কৃষ্টি থগুদবা অদুগা দীক্ষামন্ত্র লৌদবা মীতাশিংনা লৈপাক মপু অগুম্বা নত্রগা নিংথৌগী ফিজেৎ শেৎপা অমস্তুং মরাল লৈজদবা শা থোইদোক্লা শল লাবা অমোম্বু মথোয়গী মপু ওইবা বৈশ্যশিংনা ঙাকশেনবিদ্রবদা হাৎতোকপিবা অসিনা ক্ষত্রিয় নত্তবা লৈপাক ঙাকপশিংগী মরু-ওইবা মথৌ ওইবা হায়বসিনা কলিযুগগী থুদম মকোক্নি। শ্রীমদ্ভাগবদগীতাদা (১৮।৪৪) বৈশ্যশিংসি লৌউবগী, শল ঙাকশেন্নবগী অদুগা লল্লোন-ইতিকৌদমক্তনি হায়রি। কলিযুগসিদদি লৈখা তারবা বৈশ্যশিংনা শাহাৎশগুদা শল য়োনশল্লী। ক্ষত্রিয়শিংনা প্রজাবু ঙাকশেনগদবনি, অদুগা বৈশ্যশিংনা শল লাবা অমোম মথল অনীমকপু ঙাকশেনগদবনি অদুগা শাশিংবু মহৈ মরোং পুথোক্নবা অমদি শঙ্গোম থোক্নবা য়োক-শেনগদবনি। শন অমোম্না মীওইবদা শঙ্গোম পীনবনি অদুগা শল্লাবনা মহৈমরোং থোকহন্নবগীদমক্নি। অদুবু কলি যুগসিদদি শূদ্রশিংনা শাসন-কর্ত্তা ওইরবনিনা অদুগা ইমা-ইপা ওইবা শল অমোম-লাবশিংবু বৈশ্যশিংনা ঙাক-শেন্নবনিনা শূদ্রমচা শাসকশিংনা লিংহনা থম্বা শাহাৎশগুগীদমক শল লৈবা তারে।

### শ্লোক ২

**বৃষং মৃনালধবলং মেহন্তমিব বিভ্যতম্।**
**বেপমানং পদৈকেন সীদন্তং শূদ্রতাড়িতম্ ॥ ২ ॥**

### শব্দার্থ

বৃষম্—শল্লাববু; মৃনালধবলম্—থম্বোগুম ঙৌবা; মেহন্তম্—ঝুংচীৎপা; ইব—গুম্; বিভ্যতম্—কিরবা; বেপমানম্—থক-থক মীকৃপা; পদা একেন—খোঙনামতনা লেপ্লা; সীদন্তম্—এক কংশল্লবা; শূদ্র-তাড়িতম্—শূদ্রনা য়ৈবঃ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শল্লাবছ থম্বোগুম্না ঙৌরোক ঙৌয়ি। মাবু য়ৈরম্বা শূদ্রছবু মানা য়াম্না কিম্নী, কিমন্‌বনা মহাক থক-থক নিকুনা অমম্তং মযুং ওয়ো ওয়ো চীৎতুনা খোঙ নামতনা লেপ্লম্মী।

### লৈনরোল

কলিযুগগী চিহ্ন মথং অমনা অসিনি মহুদি — থম্বোহেয়াগী মচুগুম পূঙঙৌ-ঙৌবা ধর্ম্মনীতিশিংছ হৌনবা-থঙদবা শূদ্রমচাশিংনা মূৎথৎনবা হোৎনগনি। মখোয়হু ব্রাহ্মণ নত্রগা ক্ষ য় মপা-ম ুগী ধারানালা ওইবা য়াই, অহুবু কলিযুগসিদদি বেদশাস্ত্রদা চপচানা শিক্ষা কংদবা মরম্না শূদ্র-মা নবা মীতাশিংসিনা ধর্ম্মবু মানিররোই. অহুগা অসিগুম্বা মীতাশিংনা ধার্ম্মিক ওইবা মীতাশিংবু কিহল্লরগনি। মখোয় মশামক্না ধর্ম্ম অমতা চত্তে হায়না মচীন্না লাউথোকচরগনি অমম্তং ধর্ম্মগী মশক ওইবা শল্লাববু হাৎপা য়াননবা মতবাদ কয়া চোংথোররকগনি। রাষ্ট্রবু ধর্ম্ম অমতগী ওইবা নত্তে হায়ররগনি মরমহুনা ধর্ম্মনীতিবু কনামতনা থৌশাবিররোই। প্রজাশিংনা সাধু-শাস্ত্র-গুরুবু থওইররোই, মখোয়না তৌনীঙবদা তৌররগনি। খোঙ নামতনা লেপ্লিবা শল্লাবসিনা তাক্লিবদি ধর্ম্ম হায়বছ নোংমা নোংমগী ময়েং হম্বরক্লে হায়বছ তাকপনি। ধর্ম্মগী মচেৎ অমতং লৈরিবসিম্থ মতম থঙদবমথৈ হেক্তা তুবা য়াননবা হায়হুনা থক-থক্-নীকপা ফীভমদা লৈহনবগী মতাগুম্ অথিংবা কয়ানা কোয়শন্দুনা লৈরে।

### শ্লোক ৩

**গাংচ ধর্ম্মদুঘাং দীনাং ভৃশং শূদ্রপদাহতাম্।**
**বিবৎসামাশ্রুবদনাং ক্ষামাং যবসমিচ্ছতীম্ ॥ ৩ ॥**

### শব্দার্থ

গাম্—শন্-অমোম্বু, চ—অমম্তং; ধর্ম্মদুঘাম্—মঙোন্দগী শঙোম গুম্বগুম্না ধর্ম্মবু গুমদোকপা য়াবা মরম্না কান্নরবী; দীনাম্—তোল্লবী; ভৃশম্—য়াম্না; শূদ্র—শূদ্র; পদ-আহতম্—খোঙদা য়ৈরম্বা; বিবৎসাম্—শম্নাও-য়াওদবা; অশ্রুবদনাম্—পিরাংগী মায়থোঙনা মাগী ওইরম্বা; ক্ষামাম্—কংশল্লবী, য়াম্না শোল্লরবী; যবসম্—নাপী; ইচ্ছতীম্—পাম্নবী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শন্-অমোমদনী ধর্ম্মবু গুম্বা য়াবা মরম্না মহাক য়াম্না কান্নরবছ হৌজিক্তি মহাক চাক্লেন্নবী ওইহুনা য়াম্না নংলে। মখোঙছ শূদ্র অএনা যূরম্মী। মমীত্তগী পিরাং শিহরম্মী অহুগা মহাকী মশাছ শোল্লহুনা য়াম্না বারম্মী। মহাক শজিক লাম্বগী মতৌ ভৌরম্মী।

মৈনরোল

কলিগী খুদম মথংদা লাক্লগা অমনা শকুন্তোৎকী কুকুবা দশ। ত্বামনি। শম্মোমদগী মথোম গুদ্রগী অর্থদি ধর্মনীতিবু মহী-লাণ্ডবা মণ্ডংদা চিংখোকপা হায়বনি। মুনিঋষিশিংনা শজোম থক্লগদা ছিংলম্মী। শ্রীল শুকদেব গোস্বামীনা গৃহস্থ অমনা শজোম শুন্নিখৈদা গৃহস্থগী মনাক্তা লেগুণী অত্থগা ছিংননবগীদা ওকদবা শজোম শক্কক থজিক্তং ফাম্নী। চহী য়াংখৈরোমগী মমাগুদা সাধু অমনা লাক্লবদি শজোম কাট অমা নক্লগা অনীদংদি পীদবা লৈত্রে; গৃহস্থ খুদিংমক্না ঈশীংদোনা শজোম পীনরম্মী। সনাতন-ধর্ম-চৎপা স্ত্রীগীদি য়ুমথোঙ খুদিংদা শল লাবা-অমোম য়োক্লরম্মী, মত্থ শজোম কংনবগীগাক নত্তে ধর্মগী চৎনবী হায়বগীমনি। সনাতনীশিংনা শম্মোসু অমসুং ব্রাহ্মণবু পূজা তৌরি। বজ্রগীদম্ম শজোম চঙী, অত্থগা বজ্র তৌরগা গৃহস্থশিংনা মুংঙাইজৈ। শমাওদি চুম্নগী য়েংবদা কজবদা নত্তনা মমাদা অপেনবা অমা কংহল্লি, মরমত্থনা মমাগী থোম অত্থ য়ারিবমথৈ য়ায়া থোকই। অত্থবু কলিযুগ-সিদদি শমাওশিংবু গুত্তানা মমাশিংগা কায়নহল্লে; কায়নহনবগী মরমত্থদি শ্রীমদ্ভাগবতমগী লমাই-শিংসিদা ইত্থনা ফোঙদোক্লীংদে। শম্মোয়া পিরাং শিত্থত্থনা লেপ্পী, শূদ্রনা নত্তবা উপায়না শজোম অরৈবমথৈ শুমদোকই, মথোম থোক্তবা মতমদা শম্মোমত্থবু শাহাৎশঙদা থাদোকখি। হৌজিক সমাজদা অবা-অনা থোক্লিবা ময়ামসিগী মরমদি পাপ তৌরিবসিনি। শেম্ব্‌ম চাওখৎনবগী হায়ত্থনা মীয়াম্না তৌরিবসি করিনো হায়বা মখোয় অমতা খঙদে। কলিগী প্রভাবনা মখোয়বু অমস্বদা অস্থম লৈহনগনি। শান্তি অনস্থং উন্নতিগীদমক লক্ষ্য হোৎনরবস্থ মখোয়না শনলাবা অমোমু মুংঙাইহল্লগা মীনা কয়ামুক মুংঙাই হায়বত্থ অপঙবা মীতাশিংনা খঙদে; থাজৈশেংবদি হায়রিবসি প্রকৃতিগী নিয়ম মতুং ইয়া অওইবা বানি। শ্রীমদ্ভাগবতম্‌না মধ্যস্থ (ময়ায়লেপ্পা) ওই হায়বসি য়াত্থনা ধর্মগী মরমদা য়াগী বাসি মীওইবা জাতিগী মুংঙাইনবা ঐখোয় ইনসি।

শ্লোক ৪

পপ্রচ্ছ রথমারূঢ়ঃ কার্তস্বরপরিচ্ছদম্।
মেঘগম্ভীরয়া বাচা সমারোপিতকার্মুকঃ ॥ ৪॥

শব্দার্থ

পপ্রচ্ছ—হংলম্মী; রথম্—রথদা; আরূঢ়ঃ—তোংলগা; কার্তস্বর—সনা; পরিচ্ছদম্—কোয়শনবা; মেঘ—নোং; গম্ভীরয়া—চাওলেম্বা; বাচা—য়াহৈনা; সমারোপিত—পাল্লবা; কার্মুকঃ—লীরুং অমসুং তেনজৈ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহারাজ পরীক্ষিৎনা লীরুং-তেন পায়রগা রথদা তোংত্থনা নোংখোংবগুম্বা খোন্দাদা চাওলেম্না বা হংলম্মী।

মৈনরোল

মহারাজ পরীক্ষিৎকুম্বা শাসনকর্তা নৎত্রগা নিংথৌ অমনা মীকত্তববু দণ্ডি পীনবগী খুৎলাই পায়রগা কলিগী মত্থং ওইবা মীতাশিংদা শীঙনরকপা ওম্মী। মতমত্থদদা লৈখা তারবা যুগ অত্থগী প্রতিকার তৌবা য়াই। অসিগুম্বা থৌনাকবা অঙম্বা লৈত্রবদি মতম পূম্বদা শান্তি কায়রকই। লৈখা তারবা প্রজা মীরামগী মীত্থৎ চুম্নগী উৎনবা লীক্লীগুম্বা মীতানা শাসনপুবা মকোক জাত্তাত্থনদি মহারাজ পরীক্ষিৎকুম্বা মতীক ময়াই চেনবা নিংথৌগা মীয়বা য়াদে। নিংথৌগী বেশ থোকনদি করিত্থ ওইবা য়াবা নত্তে। তৌথোয়কপা থবক মতাদনা শক তাকপনি।

### শ্লোক ৫

**কস্ত্বং মচ্ছরণে লোকে বলাদ্ধংস্যবলান্ বলী।**
**নরদেবোঽসি বেষেণ নটবৎ কর্ম্মণাঽদ্বিজঃ ॥ ৫ ॥**

### শব্দার্থ

কঃ—কনানো; ত্বম্—নহাক; মৎ-শরণে—ঐনা ঙাক্লিবা; লোকে—পৃথ্বীলোকসিদা; বলাৎ—পাঙ্গম্না নমহৎতুনা; হংসি—হাৎলি; অবলান্—পাঙ্গলশোল্লববু; বলী—পাঙ্গল-কনবা মী; নরদেবঃ—লাইওম্বা মী; অসি—ওইকনা মাল্লী; বেষেণ—ফিজেৎনা; নটবৎ—লীলা-থোকপা মীওম; কর্ম্মনা—তৌথোরকপনা; অদ্বিজঃ—অনীরক হুন্না পোক্তবা মীতাওম্।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নহাক কনানো? ঐনা ঙাকশেল্লিবা লোক অসিদা লৈবা গতি লৈতবা মীবু হাৎকে তৌবদি করি নপাঙ্গল লৈহ্নননো? ফিজেৎ-লৈজেং য়েংলগদি নহাক নট অমগুম্না নরদেব (নিংথৌ) মাল্লী অদুগা তৌথোরকপা থবকী রা হায়রগদি নহাক শূদ্র অমগুম্মী।

### নৈনরোল

ব্রাহ্মণ, ক্ষত্রিয় অমসুং বৈশ্যশিংবু দ্বিজ (অনীরক হুন্না পোকপা) কৌই, মরমদি অসিগুম্বা অবাংবা থাক্কী মীশিংসি মমাগা মপাগা তিন্নহুনা পোক্লগা মতীক চাবা গুরুদগী দীক্ষানচিংবা লৌহুনা শেংদোক্লবদা অমুক হুন্না পোকই হায়বননি। অদুনা ক্ষত্রিয়সু ব্রাহ্মণগুম্না দ্বিজ অমনি অদুগা মাগী মথৌদি গতি লৈতবা মীগী হাকন চঙবনি। গতি লৈতবশিংগী হাকন চঙনবা অদুগা ফত্তবা মীশিংবু শাস্তি পীনবগীদমক ক্ষত্রিয় নিংথৌবু ঈশ্বরগী মহুৎ শিনবা অমনি হায়না লৌনৈ। শাসন পুবা অঙম্বশিংগী থবক্তা নাত্তে চাদবা হেক থোক্লকপদা লাইরৈবাকী নীতি অমুক হুন্না লিংননবা হায়হুনা ভগবান্না অবতার তৌই। কলি যুগসিদদি শাসন-পায়বা কাঙবুনা উপায় লৈবমথৈ শীজিন্নহুনা ঙাক-শেন্দুনা থমগদবা গতি-লৈতবা জীবশিংবু থোইদোক-হেন্দোক্না শন্নোমশিংবু অথিংবা লৈতনা হাৎতোকপিরে। অদুনদি শা-শন হাৎপা উনা উনা য়েংহুনা লৈবা শাসন-পুবশিংসিদি মমিংতদা ঈশ্বরগী মহুৎ ওইবনি। অসিগুম্বা পাঙ্গনবা শাসকশিংসি ফিজেৎতনা নত্রগা কম পায়বতনা গতি লৈতবা প্রজাগী মপু ওইবনি, তশেংবদি মথোয়সি মতীক চাদবা ঙাক্লি অদুগা দ্বিজশিংগী হৌম-লীচৎ-চত্তবা শূদ্র ঙাক্লি। দ্বিজ নত্তবা (অধ্যাত্মিক কৃষ্টি ফংদবা) শূদ্রশিংদগী ন্যায় হায়বদি চপ মান্নবা মীৎয়েং কনামতনা ফংবা ওইথোক্তে। মরমহুনা কলিযুগসিদদি লৈপাক শাসন লান্না ভোবা মরম্না কনামতনা যুংঙাইবা ঙমদে। হৌজিককালগী মীওইবা সমাজসি আধ্যাত্মিক সংস্কৃতি ফংবা দ্বিজ সমাজ নত্তে। মরমহুনা দ্বিজ-নত্তবা প্রজাগী শাসনসি মী অমত্তনা যুংঙাইবা ফংলোইদোবা কলিগী শাসন ওইকম থোকপনি।

### শ্লোক ৬

**যস্ত্বং কৃষ্ণে গতে দূরং সহগাণ্ডীবধন্বনা।**
**শোচ্যোঽস্যশোচ্যান্ রহসি প্রহরন্ বধমর্হসি ॥ ৬ ॥**

### শব্দার্থ

যঃ—মনুম্না; ত্বম্—নহাক; কৃষ্ণে—কৃষ্ণনা; গতে—চৎখ্রবদা; দূরম্—অরাপ্পদা; সহ—লোয়ননা; গাণ্ডীব—গাণ্ডীব কৌবা লীক্লং; ধন্বনা—পায়রিবা অর্জুনা; শোচ্য—মরাল লৈবা; অসি—নঙ ওইরে; অশোচ্যান্—মরাল লৈতবশিংবু; রহসি—অচীকপা মফমদা; প্রহরন্—ফুমিবা; বধম্—হাৎপা; অর্হসি—মতীক ওই।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণনা গাণ্ডীব পায়বা অর্জুনগা লোয়ননা থাপ্না লৈখ্রে হায়দুনা অচীকপা মফমদা মরাল লৈতববু ফুনগা থোনাকবা শকপা শারিবনা? নহাক হৌজিক মরাল-লৈরবনিনা নঙবু হাৎপা য়ারে।

### নৈনরোল

ঈশ্বরবু তরং তরংনা মাস্ত্রিবা অমুগা অর্জুনগুম্বা ভক্ত-যোদ্ধা লৈত্রবা সভ্যতাদদি কলি-চঙবা মীতাশিংনা আইন-চম্ববা রাজ্যনি হায়বগী সুবিধা লৌদুনা মরাল-লৈজদবা শাশিংবু অচীকপদা লৈবা শাহাৎশঙদা হাৎননবা থৌরাংলি। অসিগুম্বা শা-হাৎপশিংবু মহারাজ পরীক্ষিৎকুম্বা ধর্ম-চেনবা নিংথৌ অমগী য়াথংনা হাৎতোকপা চুম্মী। মরাল লৈতবা অঙাংমচা অমবু হাৎলুবা মীবু শিবগী দণ্ড ফংহনবগুম্না ধর্ম-চেনবা নিংথৌনা মরাল লৈতবা শাবু হাৎপা মীহুবু প্রাণদণ্ড পীকম থোকই।

### শ্লোক ৭

**ত্বং বা মৃণালধবলঃ পাদৈর্ন্যূনঃ পদা চরন্।**
**বৃষরূপেণ কিং কশ্চিদ্ দেবো নঃ পরিখেদয়ন্ ॥ ৭ ॥**

### শব্দার্থ

ত্বম্—নহাক; বা—নত্রগা; মৃণালধবলঃ—থম্বৌগুম্না ঙৌবা; পাদৈঃ—খোঙ অহুম; ন্যূনঃ—য়াওদবা; পদা—খোঙ নামতনা; চরন্—চৎপা; বৃষ—শন্নাবা; রূপেণ—শক লৌদুনা; কিম্—করি; কশ্চিৎ—কনানো অমনা; দেবঃ—দেবতা; নঃ—ঐখোয়বু; পরিখেদয়ন্—বাহন্দুনা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অমুদগী মহাক্না (মহারাজ পরীক্ষিৎনা) শন্নাবদা হংখি—নহাক কনানো? থম্বৌমুক ঙৌবা নহাকপু শন্নাবা অশেঙবরা নত্রগা দেবতা অমরা? নখোঙ অহুম য়াওদরে, খোঙ নামতনা চৎলে নঙ। নহাক ঐখোয়বু বাহন্দুনা শন্নাবগী মওং লৌবা কনা লাই ওইরিগবা?

### নৈনরোল

মহারাজ পরীক্ষিৎকী মতম কাওবগী মতুংদদি শন্নাবা অমোমগী মুংঙাইতবা ফীভমদো ওইগনি হায়বা কনাসুনা খঙমদে। মরমদুনা অমুগুম্বা অক্সিবগী মশক ওইবা দৃশ্যামু উরম্বদা মহারাজ পরীক্ষিৎ ঙকখি। অদুনা শন্নাবমু দেবতা অমনা অমুগুম্বা ফীভম ফঙবা লৌরগা তুংদা শমশিংগী অবস্থা ওইরকলৌবি হায়বা ভাবনা তৌরিবনা হায়দুনা পরীক্ষিৎ মহারাজনা হংখি।

### শ্লোক ৮

**ন জাতু কৌরবেন্দ্রাণাং দোর্দণ্ডপরিরক্ষিতে।**
**ভূতলেঽনুপতন্ত্যস্মিন্ বিনা তে প্রাণিনাং শুচঃ॥ ৮॥**

### শব্দার্থ

ন—নত্তে; জাতু—করিগুম্বা মতমদা; কৌরব-ইন্দ্রাণাম্—কুরুশাগেগী নিংথৌশিংগী; দোর্দণ্ড—খুৎকন-পাক্‌পা; পরিরক্ষিতে—ঙাক্লিবা; ভূতলে—পৃথিবীদা; অনুপতন্তি—থবাই-শোকপা; অস্মিন্—হৌজিককা৬বা; বিনা—নত্তনা; তে—নহাক; প্রাণিনাম্—জীবশিংগী; শুচঃ—অনাবগী পিরাং।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কৌরবশাগেগী নিংথৌশিংনা মপাম্বোমগী পাক্‌পা ঙাকশেল্লিবা লৈপাক অসিদা পিরাং শিন্থনা থবাই বাবা উবদি নত্তনা শিন্থবসিনা ইহান্ হান্‌বনি, মমাৎতদা কদৌত্তেদগ্ অন্থুনা থক থোকথিজ্রি।

### নৈনরোল

মী অমত্তং শা-শন্‌শিংবু ঙাকপনা সরকার অমগী তৌগদবা অহানবা মথৌনি। অসিগুম্বা ধর্মগী মতাঙদা সরকার অমনা তৌকম থোকয়ি থোক্তে হায়রদে। কলিযুগসিদা শা হাৎননবা রাষ্ট্রনা থোরাংবা উরবদা থম্মোই-শংবা মীতা অমগীদমক্তি অকিবগী মশক্লি। মহারাজ পরীক্ষিৎনা শন্নাবগী মমীতা পিরাং শিন্থবা উরবদা থবাই হুংঙাইরমদে। মহাকী কনা লৈজবা রাজ্যদা থক থোকথিজ্রিবা থৌদোক অসিগুম্বা উবদা মহাক ঙকখি। মী থত্তদে শা থত্তদে জীবগী থবাইদি চপ মান্নবা মীৎয়েংদা ঙাকশেল্লগী। ঈশ্বরগী রাজ্যদা তৌবদি মহুনি।

### শ্লোক ৯

**মা সৌরভেয়াত্র শুচো ব্যেতু তে বৃষলাদ্ ভয়ম্।**
**মা রোদীরম্ব ভদ্রং তে খলানাং ময়ি শাস্তরি॥ ৯॥**

### শব্দার্থ

মা—তৌহনু; সৌরভেয়—হে সুরভিনা পোকপা; অত্র—মফমসিদা হায়বদি ঐগী রাজ্যদা; শুচঃ—তেংথা নাওইবা; ব্যেতু—ওইসনু; তে—নঙগী; বৃষলাৎ—শূদ্রদগী; ভয়ম্—কিবা; মা—তৌহনু; রোদীঃ—কপ্পা; অম্ব—ইমা; ভদ্রম্—য়াইফবা; তে—নঙোন্দা; খলানাম্—পূককত্তবশিংগী; ময়ি—ঐনা লৈরিঙৈদা; শাস্তরি—শাসন-তৌবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে সুরভিগী মচা, হৌজিক অমুক তেংথারগনু। জাৎ-তোন্‌বা শূদ্রসিবুম্ব কিরক্রগনু। হে ইমা শন্মোম, মীকত্তববু শাসাইনবা ঐহাক লৈরিবমথে কমবগী মরম লৈরোই। নহাকী মঙলদমক ওইগনি।

### নৈনরোল

মহারাজ পরীক্ষিৎকুবা শাসন-পূবা অমনা শাসন তৌবা রাষ্ট্র লিরিবমথে-শন্নাবা অমোম অমসুং শা নত্তে ঙাকশেনবা য়াগনি। মহারাজ পরীক্ষিৎতি হৌনখত্তবা থিজ অমসুং কন্নিয় নিংথৌনিনা শন্মোমথুদা ইমা হায়না কৌরিবনি। সুমতি হায়বসি বৈকুণ্ঠলোকশিংদা লৈবা থোইদোক-হেন্দোকা

ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণমক্লা শ্লোকপা শক্তোমশী মিংনি। মীওইবসি পরমেশ্বর ভগবান্‌গী শক্-ওং শকৃতা লৌহুনা শাবগুম্লা শক্তোমশিংশু বৈকুণ্ঠ ধামদা লৈবা সুরভি শক্তোমশিংগী শকৃওং-শক্তা লৌহুনা শাবনি। প্রাকৃত জগত্তা মীওইবগী সমাজনা মীওইববুদি ভাকশেল্লী, অদুগা মীওইবদা অওকপা চীঙ্গাক শক্তোম হায়বসু পীহুনা মীওইববু হিংহল্লিবা সুরভিগী মচা-ধারাশিংবু ভাকশেন্নবা আইন-বিধিদি লৈতে। অদুবু মহারাজ পরীক্ষিৎ অমদি পাণ্ডবশিংদি শল্লাবা অমোম অনীমক্কী কান্নবসু মুন্না খওলম্মী। মরমদুনা মখোয়না শন্-হাংপা মীবু প্রাণদণ্ডকাওবা য়াওনা শাথীবা দণ্ডি পীনবা শেম-শাথি। মতম অমদা শক্তোম রক্ষাগীনি হায়দুনা আন্দোলন তৌরম্মী, অদুবু ধর্ম চেন্‌ংবা শাসনকর্তা য়াংপনা অমদি মতীক চাবা আইন লেংদবা মরম্না শল্লাবা অমোমদা রক্ষা পীদে। মীওইবগী সমাজনা মহারাজ পরীক্ষিৎকী খুদুং ইন্দুনা শল্লাবা অমোম অনীগী কান্নবসু খওগদবনি অদুগা মরুওইবা শা অসিবু রক্ষা তৌগদবনি শন অমসুং ব্রাহ্মণ্য ধর্মবু রক্ষা তৌরবদি মহুগীদমক শন-ব্রাহ্মণ অনীবু নুংশিবীবা ভগবান্না ঐখোয়বু পেনবিদুনা শান্তি পীনবিগনি।

## শ্লোক ১০-১১

যস্য রাষ্ট্রে প্রজাঃ সর্বাস্ত্রস্যন্তে সাধ্ব্যসাধুভিঃ।
তস্য মত্তস্য নশ্যন্তি কীর্তিরায়ুর্ভগো গতিঃ॥১০॥
এষ রাজ্ঞাং পরো ধর্মো হ্যার্তানামার্তিনিগ্রহঃ।
অত এনং বধিষ্যামি ভূতদ্রুহমসত্তমম্॥১১॥

### শব্দার্থ

যস্য—মহাকী; রাষ্ট্রে—রাষ্ট্রদা; প্রজাঃ—প্রজাশিং; সর্বাঃ—লোইনমক্লা; ত্রস্যন্তে—কিনরে; সাধ্বি—হে অশেঙবী; অসাধুভিঃ—মীকত্তশিংদগী; তস্য—মহাকী; মত্তস্য—বুদ্ধি-চোইরবগী; নশ্যন্তি—মাঙডী; কীর্তি—মিংচৎ; আয়ু—পুন্সি-লীশাঙ; ভগঃ—লন্; গতি—অকবা মপোক্তা হন্না পোকপা; এষঃ—মখোয়সি; রাজ্ঞাম্—নিংথৌশিংগী; পরঃ—পুঙথোই-থোইবা; ধর্মঃ—মথৌ; হি—লেপ্পমক; আর্তানাম্—অবাবা নংলবশিংগী; আর্তি—অবাবা; নিগ্রহঃ—কোকহন্‌বা; অতঃ—মরমদুনা; এনম্—মীসিবু; বধিষ্যামি—হাৎকনি; ভূতদ্রুহম্—মীওৎপা; অসত্তমম্—মীকত্তবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে সাধ্বি (অশেঙবী), নিংথৌগী রাষ্ট্র মনুঙদা প্রজা পুম্নমকপু মীকত্তবনা কিহল্লবদি নিংথৌদুগী মিংচৎ, পুন্সি মরেং, মরন অমসুং হয়েংমুক্কী মপোক অকবসু মাঙডী। অবাবা-নংলিবশিংগী অবাবসু কোকহন্‌বনা নিংথৌদুগী ওশেংবা মথৌ মকোল্লি। মরমদুনা ঐহ ক কত্তবা মীসিবু মহাক্লা প্রজাবু ওৎপগীদমক হাৎকনি।

### নৈনরোল

কলিগুম্লা লমশানা খুদংদা নঙ্গগা সহরদা নৈররবদা পুলিশ নংত্রগা অতৈনা শা হাৎনবা থবক পায়থল্লী। মতৌ অদুগুম্লা, সমাজগী মাঙ ভারবা মীতা হায়বদি হুরান্-চোরীবা, ডাকু-তরাং অদুগী মীহাৎপশিংবু খুদক্তা হাংভো৹পদি সরকারগী মথৌনি। হায়রিবা শাক্তিসি রাষ্ট্রগী শা-শন হাংপা মীদসু পীকম থোকল্লি মরমদি রাষ্ট্রগী শা-শনশিংসু প্রজা ভাকনি। প্রজা হায়বগী অর্থদি রাষ্ট্রদা পোক্লিবা মহাকপুনি, অদুনা পোক্লিবা হায়রগা মীসু শাসু অনীমকপু হায়রিবনি।

রাষ্ট্র অমদা পোক্লিবা জীব খুদিংমকপু নিংথৌনা ভাকশেন্‌বা হায়বসি প্রজাগী ইছান্‌-হান্‌বা ফংকম-থোকপা অধিকারনি। জঙ্গলগী শা-কৈশু নিংথৌগী প্রজামি, মরমছুনা রাষ্ট্রদা লৈবগী অধিকার মথোয়গীসু লৈ। অছুনদি য়ুমশা ওইরিবা শল্লাবা-অমোমশিংগী বাদি করি অমুক হায়রগনি ?

কনাগুম্বা জীব অমনা অতৈ জীবশিংবু কিহল্লবদি মহাক্তো ফত্রবা প্রজানি, অছুনা নিংথৌনা মীওৎপা মীছুবু খুদক্তা হাংতোক্লবনি। লমগী শা অমনা নৈররবদা মাবু হাংতোকয়ি, মতৌ অছুগুম্বা কনাগুম্বা মী অমনা য়ুমশ। থওদে লমশা থওদে শা অমবু করিসু কান্নবা লৈতনা হাংলবদি মীছুবু খুদক্তা শাস্তি পীকম থোকয়ি। পরমেশ্বর ভগবান্‌গী বিধি মতুংইন্না জীব জাৎ পুম্নমক ভগবান্‌গী মচা ভাক্তনি, মরমছুনা কনামতনা প্রাকৃত নিয়ম্না য়াবা নত্রবদি জীব অমতবু হাংপা য়াদে। কৈনা হিংননবা মতোন্দগী হুম্বা জীব অমবু হাংপা য়াই অছুগা মীনদি মচীনজাক ওইনবা শা অমতবু হাংপা য়াদে। জীব অমনা জীব অমবু চারগা হিংগদবনি হায়বসি ঈশ্বরনা শেম্বা বিধিনি। অছুনা মনামশীং চাবশিংসু জীব চারগা হিংনরি। মরমছুনা জীব অমনা মাগী চাননবনি হায়না ঈশ্বরনা থাবা জীবছুদমক চাগদবনি। ঈশোপনিষদ্‌-না হায়রি মছুদি—ভগবান্না তাকপা মতুংইন্না হিংগদবনি, কনাগুম্বা অমতনা মনীঙ ভম্না চৎপা য়াদে। ঈশ্বরনা হায়বা চেঙ-হবাই, উহৈ-বাহৈ অমসুং শঙ্গোম চাছুনা ঐথোয় পুন্সি লেনুগদবনি, করিগুম্বা থোইদোকপা মতাঙ নত্তনা মতম অতৈদা শা চাবা য়াদে।

মায়ানা শুমহৎলবা নিংথৌ নৎত্রগা শাসনকর্ত্তা অমবু ময়াম্না দার্শনিক পণ্ডিত অমনি হায়না পাউচেম্বোক্লবসু, মহাক্না মাগী রাষ্ট্রদা শাহাংশঙ লিংবদা থিংলোই, মরমদি গতি-লৈত্রবা শাশিংবু ওৎ-নৈরগা নিংথৌশিংগী হায়বদি শাসন-পায়বা মীতাশিংগী নরক পাংনবা লম্বী ফাংলিবনি হায়বছু মথোয়না থওদে। শাসনকর্ত্তা খুদিংনা, মী থওদে শা থওদে, মাগী প্রজাগী খুদোং চাননবগীদমক মতম পুম্বদা মীৎনা শিংনা লৈগদবনি অমসুং করিগুম্বা মকমদা করম্বা জীবনা অতোপ্পা জীব অমবু ওৎ-নৈবরা হায়বগী পাউ থিজনুগদবনি। জীব-ওৎপা মাবু খুদক্তা ফাছুনা মহারাজ পরীক্ষিৎনা তৌবগুম্বা হাংতোকদবনি।

প্রজানা পুরিবা সরকারনা মথোয়গী মীনা মরম্নাই ওইনা মরাল-লৈজদবা শা হাংছনবসি থিংফম থোকয়ি। মথোয়না শাস্ত্রদা হায়রিবা ঈশ্বরগী য়াথংবু থওবা চুম্মী। নৈনরিবা শ্লোকসিদা মহারাজ পরীক্ষিৎনা হায়রি মছুদি—ভগবান্‌গী বিধি মতুং ইন্না নিংথৌ নৎত্রগা শাসনকর্ত্তা অমনা মশা-মশাগী দায়িত্ব থওত্রবদি মাগী মিংচৎ, পুক্লিময়েং, শক্তি মাঙথতা নত্তনা মতুংগী মপোক অকবা নৎত্রগা শিরগা মুক্তি ফংবা ঙম্মোই। অসিগুম্বা অপঙবা মীশিংনা হয়েংমুক্তী মপোক লৈ হায়বসি ফাওবা থাজদে।

শ্লোকসি নৈনরিঙৈদা হৌজিক্কালগী রাজনীতিবালা অচৌবা অমনা হায়থিবা বা অমা পন্‌বা য়াই। মহাক শিথিবা কুইজ্রি অছুগা মানা উইল অমা থনম্মী। মাগী বাছুনা ভাকপল্লি মহারাজ পরীক্ষিৎনা হায়রিবা ঈশ্বরগী য়াথংগী মরমদা মহাক করিমতা থওদে হায়বসিনি; মহাক্না কয়ামুক থওদবগে হায়ববু মানা অস্থম্না ইরম্মী—"ঐহাক অসিগুম্বা উৎসব পর্ব্বশিংসি অমতা থাজদে, তৌরিবা মওংমতৌ ময়ামছু ভাং তৌশল্লবা মাল্লি অছুগা ঐথোয় ইশা ইশাবুসু অছুগা মী অতৈবু শেরায়বা লম্বীদা পুননবগী থৌরাংবা অমা ওইগনি। মরমসিদা ঐগীদি ধর্ম্মগী ভাব অমতা পোক্তে।"

অচৌবা রাজনীতিবিলাসিনা হায়বা বাগা মহারাজ পরীক্ষিৎনা হায়বসিগা সমুদ্র-লাংখোং খেন্নবগুম খেন্নে। মহারাজ পরীক্ষিৎকি শাস্ত্রগী বিচার মতুংইন্না ধার্ম্মিক-অমনি, অদুগা হৌজিক্কী রাজনীতিবিলাসদুগীনা মরম্নাই থাজবা অমসুং পুকচেল মতুং ইন্না চৎপনি। প্রাকৃত জগৎতা লৈবা অচৌবা মী খুদিংমক লক্ষ্য হায়দুনসু মায়া লাংদা থুবা জীব ওক্নি। মায়াগী থৌরীনা মহাক্কী খোঙ খুৎ লোইনা পুন্নবা জাৎনি, অদুমক্তদা অপঙবা মায়াবদ্ধ জীবনা মাগী মচিং-মশোল নাইনা তৌনিংঙদা তৌবা য়াগনি হায়না খল্লে। বা হায়ববু মহারাজ পরীক্ষিৎকী মতমগী মীশিংদো মুংঙাইরম্মী অদুগা শা-শনশিংবু নীঙথিনা ঙাকশেলম্মী মরমদি শাসন-পুবা মীশিংদো মচিংনাইনা চৎলমদে অদুগা ঈশ্বরগী বিধি খঙলবা য়াওরমদে। অপঙবা অমসুং থাজগন্দবা জীবশিংনা ঈশ্বর লৈ হায়বসে লৌরোইদোবগী হোৎনৈ অদুগা মমল-য়াম্নবা মীওইবগী পুন্সিবু শীজন্নরগা মখোয় মশাবুনা ধর্ম্মগা মরী-লৈনদবনি হায়না ময়ামদা লাউথোকয়ি। ভগবান্‌গী তত্ত্বজ্ঞান ফংনবগীদমক্তি মীওইবগী পুন্সিসি অদুবু কলিযুগসিদদি অপঙবা জীবশিংনা পোকপা, শিবা, হনুরকপা অমসুং অনায়েক্তা খুদয়বা ঈশ্বরগী নিয়মা মখোয়বু মতম পুম্বদা কা পুন্দুনা থম্না থম্নমক ভগবান্‌বু চপচানা খঙনবা তৌগে হায়বদি তোক্লুনা ধর্ম্মবু অদুগা ঈশ্বর লৈ হায়ববু থাজদনবা প্রচার তৌয়ি।

শ্লোক ১২

**কোঽবৃশ্চৎ তব পাদাংস্ত্রীন্ সৌরভেয় চতুষ্পাদ।**
**মা ভূবংস্ত্বাদৃশা রাষ্ট্রে রাজ্ঞাং কৃষ্ণানুবর্ত্তিনাম্॥ ১২॥**

শব্দার্থ

কঃ—কনানা; অবৃশ্চৎ—ককথৎখ্রে; তব—নহাক্কী; পাদান্—খোঙ; ত্রীন্—অহুম; সৌরভেয়—হে সুরভিগী মচা; চতুষ্পাদ—খোঙ-মরি-পান্‌বা; মা—কদৌউঙৈদসু ওইদবা; ভুবন্—থোকখি; ত্বাদৃশা—নহাক্‌ম্বা; রাষ্ট্রে—রাষ্ট্রদা; রাজ্ঞাম্—নিংথৌশিংগী; কৃষ্ণ-অনুবর্ত্তিনাম্—পরমেশ্বর ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী তুংইন্‌বা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহারাজ পরীক্ষিৎনা হংলম্মী—হে সুরভিগী মচা, নখোঙ অহুমদি কনানা ককথৎপিখ্রে? শ্রীকৃষ্ণগী মনাই ওইবা নিংথৌশিংগী লৈবাক্তা নহাক্‌ম্না মুংঙাইতবা কনামতা লৈতে।

নৈনরোল

রাষ্ট্র পুম্নমক্কী নিংথৌশিং নত্রগা শাসন-লুচিংবশিংনা শ্রীকৃষ্ণগী বা (চাউরাক্তা ভগবদ্গীতা অমসুং শ্রীমদ্ভাগবতম্) খঙদবা য়াদে অমসুং বাদুগী মতুং ইন্না থবক পায়গদবনি মরমদি মতুম তৌবতনা মীওইবা পুন্সিগী থৌ পাঙথোকদবনি; মীওইবগী মপোক্তি মায়া লাংদা থুবগী অৱাবা মৈচাক পুম্নমক কোকংন্নবা মপোক্নি। শ্রীকৃষ্ণগী বায়েন পথাপশিংসি খঙবা মীতাদনা সংসার মৈচাক লায়না কোক্‌হনবা ঙম্মী। ভগবদ্গীতাদা ভগবান্‌গী বায়েন-পথাপশিংসি শম্পৎনা য়াওরি অদুগা শ্রীমদ্ভাগবতম্‌দা মখোয়সি শন্দোক্না তাকই।

শ্রীকৃষ্ণগী বায়েন চৎপা রাষ্ট্রদা কনামতনা মুংঙাইতবা য়াওদে। বায়েনসি চত্তবা লমদমদা মুংঙাইওবগী ইহান্ হান্‌বা খুদমদি ধর্ম্মগী মহুৎ ওইবা শন্‌গী মখোঙ অহুম কক্‌খ্রবসিনি, অদুদগী অৱাবা মথং মথং লাক্‌দোবনি। শ্রীকৃষ্ণ মশামক মালেমদা লৈরিঙৈদদি মাগী বায়েন পথাপশিংদু করিমতা য়েংতবমখৈ ইন্নরম্মী; মহাক্তা থ্ পপ্রবা মতুংগী শাসন পায়বা অদুগা খঙবদি বাৎপা মীতাশিংবু তাক্লবা হায়দুনা মহাক্কী বায়েনশিংদু শ্রীমদ্ভাগবতম্‌দা ইরম্নবনি।

## শ্লোক ১৩

**আখ্যাহি বৃষ ভদ্রং বঃ সাধূনামকৃতাগসাম্ ।**
**আত্মবৈরূপ্যকর্ত্তারং পার্থানাং কীর্ত্তিদূষণম্ ॥ ১৩ ॥**

### শব্দার্থ

আখ্যাহি—হায়য়ু; বৃষ—হে শন্নাবা; ভদ্রম্—য়াইকবা; বঃ—নখোয়গী: সাধূনাম্—পূকচেল-শেংবশিংগী; অকৃত-আগসাম্—অয়োন অরান্-লৈতবশিংগী; আত্মবৈরূপ্য—কীভম-কায়হনবা; কর্ত্তারম্—তৌরিবা মাবু; পার্থনাম্—পৃথাগী মচাশিংগী; কীর্ত্তিদূষণম্—মিংচৎ মাঙহন্‌বা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে শন্নাবা, নরাল্লৈতবা পূকচেল শেংবা নখোয়গী য়াইকবা ওইসনু ! পার্থশিংগী (পাণ্ডবশিংগী) মিংচৎ-মাঙহন্নবা হায়রুনা নহাক্কী কীভম-কায়হন্‌বা মীহু কনানো হায়য়ু।

### খৈনরোল

মহারাজ রামচন্দ্রনা পাল্লিৱৈগী মিংচৎ অহুগা মহারাজ রামচন্দ্রগী খুদুংইন্নবা পাণ্ডব অমদি মখোয়গী মচামশুগুম্বা নিংথৌশিংগী মিংচৎ কদৌঙৈদনু কাউকদে মরমদি মখোয়হুগী রাষ্ট্রশিংদা লাঞ্জদবা অমদি পূকচেল-শেংবা মীশিংনা কদৌঙৈদনু অবাবদা তারোই । শন্নাবা-অমোম অনীসি লান্দবা মীশক খঙননবা খুদম্নি; মরমদি শাশিংগী মথীময়ুং কাওবা মীওইবশিংগী কান্নবা থবক্তা শীজরৈ। পৃথাগী মচা-নুপাশিংগী (পাণ্ডবশিংগী) মচামশু মহারাজ পরীক্ষিৎকুম্বনা মখোয়গী মিংচৎ মাঙগনি হায়বা কিরম্মী, অদুবু হৌজিকাল্দদি দেশগী লুচিংবশিংনা লাঞ্জদবা শাশিংবু হাংপগী কিবা লৈতে। মতাঙসিদনি ধর্ম্ম-চেন্‌বা নিংথৌশিংহুগী শাসনগা হৌজিকালগী দায়িত্ব-খঙদবা শাসন-পুবা মীতানা ভাকপা রাজ্যশিংগী শাসনগা অনীসি খেন্নরিবা; মরমদি আধুনিক শাসকশিংদি ঈশ্বরনা শেম্বা চৎনলোন খঙদে।

## শ্লোক ১৪

**জনেহনাগস্যঘং যুঞ্জন্ সর্ব্বতোহস্য চ মদ্ভয়ম্।**
**সাধূনাং ভদ্রমেব স্যাদসাধুদমনে কৃতে ॥ ১৪ ॥**

### শব্দার্থ

জনে—জীবশিংদা; অনাগসি—লান্দবা মখোয়দো; অঘম্—অরাবা; যুঞ্জন্—হাপচন্দুনা; সর্ব্বতঃ—মকম খুদিংদা; অস্য—মরাল-লৈবশিংগী; চ—অমসুং; মৎ-ভয়ম্—ঐবু কিবা (ওই); সাধূনাম্—পূকচেল-শেংবা মীশিংগী; ভদ্রম্—য়াইকবা; এব—লেপ্পমক; স্যাৎ—ওইগনি; অসাধু—কত্তবা মী; দমনে—লাকথুবা; কৃতে—তৌরবদা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

লাঞ্জদবা মীবু অরাবা কংহন্‌বা মীতাশিংদি ঐবু মকম খুদিংদা কিগনি। অসাধুশিংবু দমন তৌরগা কনাগুম্বনা লাঞ্জদবা মীগী কান্নবা হায়বদু মশানা অহুম মওইরগনি।

## নৈনরোল

অয়ম্বা মীশোয়া লৈবাক্কী শাসন পুন্নবদি পূকচেল-শেংদবা মীতানা চাওথংলী। শাসন-পুবশিংনা অসাধুশিংবু নম্থবা ওয়নবা মথৌনা মপাঙ্গল লৈবা মতমদদি অসাধুশিংনা লেপ্পমক চাওথংপা ওমদে। ময়ামদা খুদম ওইনবা মওংদা অসাধুশিংবু চৈরাক্পবদি মীয়ামগী য়াইকবা হায়বগুম মশানা অহুম ওইরে। হায়না হায়রে, নিংথৌগী নত্রগা শাসনকর্তাগী মথৌমকোক হায়বহুদি শাস্তি-পাম্বা লাঙ্গদবা প্রজাশিংবু হীরম খুদিংদা রক্ষা তৌবনি। ভগবানগী ভক্তশিংদি মহৌশা ওইনা শান্তিপাম্বা অমসুং লাঙ্গদবা মী ওয়াক্লি, মরমদুনা রাষ্ট্রগী অহানবা তৌগদবা মথৌদি মীপুম খুদিংবু ভগবানগী ভক্ত ওইহনবা থৌরাংবনা ওইগদবনি। মতৌ অদুম তৌরবদি মশানা অদুম শান্তি পাম্বা লান্দবা প্রজা ওয়াক ওয়াররগনি। অদুদগীদি নিংথৌগী তৌগদবা মথৌ হায়রবদু অসাধুশিংবু দমন তৌবদুতা ওয়াররনি। মদুম তৌবনা মীওইবা সমাজদা শন্তি অমসুং মত-ভিন্নবা হায়বদু ওইরগনি।

## শ্লোক ১৫

**অনাগঃস্বিহ ভূতেষু য আগস্কৃন্নিরঙ্কুশঃ।**
**আহর্ত্তাস্মি ভুজং সাক্ষাদমর্ত্ত্যস্যাপি সাঙ্গদম্॥ ১৫॥**

## শব্দার্থ

অনাগঃসু ইহ—লাঙ্গদবশিংদা; ভূতেষু—জীবশিংদা; যঃ—কনাগুম্বনা; আগস্কৃৎ—লাল্লুরবা; নিরঙ্কুশঃ—অপন্-অয়াক-লৈতবা; অহর্ত্তা অস্মি—ঐনা পুরকনি; ভুজম্—পাম্বোম্; সাক্ষাৎ—মদুমক; অমর্ত্ত্যস্য অপি—স্বর্গদা লৈবা লাই কাওবগী; স-অঙ্গদম্—পাম্বোমফাবীগা লোয়ননা।

## মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

জগৎসিদা কনাগুম্বনা লাঙ্গদ্রবা জীববু ওৎতুনা লাল্লবা, অদু ওইরবদি লাল্লবা মীদুনা স্বর্গগী দেবতা ওইরবকাওবদা মহাক্কী পাম্বোমদু পাম্বোম-ফাবী য়াওনা কক্লগা পুরকনি ঐহাক্না।

## নৈনরোল

স্বর্গবাসীশিংবু অমর হায়রবদি শিদবা কৌয়ি মরমদি মথোয়গী পুন্সিদি মর্ত্ত্যবাসীশিংগী পুন্সিদগী হেন্না শাংঙী। চহী চামতমক্ আয়ু-লৈবা মীওইবগী মকমদদি চহী লক্ষ লক্ষ পুন্সিবা জীববু অমরনি হায়না ভশেংনা থনবা ভাই। খুদমগী মশক ওইনা, ভগবদগীতাদগী ঐথোয়না খঙবা ওয়দি ব্রহ্মলোক হায়বদুদা নোংমা হায়বসি সৌর বর্ষ (চহী) ৪,৩০০,০০০×১০০০ না শাই হায়বসিনি। মতৌ অদুগুম্বা লোক অতৈদদি মথোয়গী নোংমগা ব্রহ্মলোকসিগী থা তম্লকা মান্নে হায়না লৌনৈ। মরমদুনা অবাংবা লোকশিংদা লৈবা জীবশিংগী পুন্সিদি মীওইবগী পুন্সিদগী য়াম্না হেন্না শাংবনিনা মথোয়বু অমরনি হায়নবনি, তৌবগীবুদি প্রাকৃত ব্রহ্মাণ্ডদা লৈবা কনামতবু শিদবা নত্তে।

অসিগুম্বা স্বর্গবাসী কাওববু মথোয়নবু লাল্লবদি মথোয়দা মহারাজ পরীক্ষিৎনা শীঙনগে হায়রিবনি। মসিনা ভাকপদি শাসনকর্তা অমনা মহারাজ পরীক্ষিৎকুম্না খুৎকন্-পাজনবা ওইনবা তৌগদবনি, মদুম তৌরবদি মহাক্না খ্বাইদগী শাথীবা অয়ানবা মীবু শাস্তি পীবা ওমগনি। ঈশ্বরগী নিয়ম ওাক্তবদগী লাল্লিবা মীবু মতম পূম্বদা শাস্তি ফংহনগদবনি হায়বা নীতিসি রাষ্ট্রপতি খুদিংগী ওইগদবনি।

### শ্লোক ১৬

**রাজ্ঞো হি পরমো ধর্মঃ স্বধর্মস্থানুপালনম্।**
**শাসতোঽন্যান্ যথাশাস্ত্রমনাপদ্যুৎপথানিহ ॥১৬॥**

### শব্দার্থ

রাজ্ঞঃ—নিংথৌগী নংত্রগা শাসন পায়বা মীগী; হি—লেপ্পমক; পরমঃ—পুৎথোই-থোইবা; ধর্মঃ—মথৌ; স্বধর্মস্থ—মথৌ পায়রিব'; অনুপালনম্ - মতমপুম্বদা ঙাকশেল্লিবা; শাসতঃ—চৈয়াক্লিবগী; অন্যান্—অতোপ্পবু; যথাশাস্ত্রম্—শাস্ত্রনা হায়বা বা মতুং ইন্না; অনাপদি—খুদোংথীবা লৈতবদা; উৎপথান্—শেরায়না চৎপা মীশিংবু; ইহ—জগৎতা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মথৌ চপচানা তৌবা মীবু ঙাকশেন্বা অদুগা খুদোংথীদবা মতমদা শাস্ত্রনা হায়বদগী শেরায়না চৎপা মীবু চৈয়াক পীবদি নিংথৌগী অথোইবা মথৌনি।

### নৈনরোল

শাস্ত্রদা আপদ্-ধর্ম হায়বদি খুদোংথীবা মতমদা তৌগদবা থৌগী বা য়াওরি। মতম অমদা খুদোংথীবদা তারবদা বিশ্বমিত্র মহর্ষিনা হুই-শা চাহুনা হিংখি হায়বা বা লৈ। লৈবাকী অবাবা লাকপা মতমদা অকংবা শা মথল অমা চাহুনা হিংনবা তৌবা য়াই। অদু হায় হায়দুনা শাজাবশিংগী শা-হাৎকম লিংদুনা থমগদবনি হায়বা অমসুং মদুবু রাষ্ট্রনা মতমপুম্বদা লিংহন্‌গদবনি হায়বগী বা নত্তে। আপদ্-কাল নত্তবদা চীজহাও থিবগীদমক শা চাহুনা হিংনবা হোৎনবদি কনামত্তনা তৌকদে। কনাগুম্বনা অদুম তৌরবদি নিংথৌবা নত্রগা শাসন-পায়বা মীনা চবৌ চবৌ ইন্দ্রি-পেন্নবা তৌবগীদমক মহাক অদুবু শাস্তি পীগদবনি।

তোঙান-তোঙান্‌বা মথৌ পায়রিবা তোঙান্ তোঙান্‌বা মীতাগী মরমদা শাস্ত্রবিধি লৈ; শাস্ত্রবিধি ইন্দুনা চৎপা মীবু স্বধর্মস্থ কৌয়ি। শ্রীমদ্ভগবদ্গীতাদা (১৮। ৪৮) হায়রি—মতমপুম্বদা মথৌদুনা দোষ-লৈতবা নত্রবসু কনাগুম্বনা মথৌদু থাদোককদে। অদুবু খুদোংথীবা মতমদদি হায়রিবা স্বধর্মদু চৎপা য়ারক্ত্‌বদি চত্তবা য়াই, অদুগদি ওইরগা মতম্না ফরিভৈদদি মাগী ধর্মদু (মথৌদু) চত্তবা য়াদে। অসিগুম্বা স্বধর্মসি, অমবু অমবু ওইরবসু, হোৎদনবা হায়দুনা রাষ্ট্রপতি অদুনা য়েংগদবনি অদুগা স্বধর্ম ইল্লিবা মীবু ঙাকশেন্‌গদবনি। স্বধর্ম-কায়বা মীবু শাস্ত্রগী বা মতুং ইন্না চৈয়াক পীগদবনি; অদুনা মী খুদিংনা শাস্ত্রদা হায়রিবা মথৌ ওদু চপচানা তৌদবরা হায়বদু য়েংশন্‌বনা নিংথৌগী মথৌনি।

### শ্লোক ১৭

**ধর্ম উবাচ**

**এতদ্ বঃ পাণ্ডবেয়ানাম্ যুক্তমার্তাভয়ং বচঃ।**
**যেষাং গুণগণৈঃ কৃষ্ণো দৌত্যাদৌ ভগবান্ কৃতঃ ॥ ১৭॥**

### শব্দার্থ

ধর্মঃ উবাচ—ধর্মনা হায়রম্মী; এতৎ—মসামসি; বঃ—নথোয়গী; পাণ্ডবেয়ানাম্—পাণ্ডবশাগেগী; যুক্তম্—চপচারনি; আর্ত—অবাবা-নংলবা মী; অভয়ম্—কিদনবা; বচঃ—বাঙঙ; যেষাম্—মথোয়গী; গুণগণৈঃ—গুণশিংনা; কৃষ্ণঃ—শ্রীকৃষ্ণবু; দৌত্য-আদৌ—পাউথোক্লোয়নচিংবগী থবক্তা; ভগবান্—ভগবান্‌বু; কৃতঃ—হাপখি।

## মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ধর্ম্মনা হায়রম্মী—ঙাঙলিবা বাঙাঙশিংছু পাণ্ডবশাগী মতীক-চাবা বাঙাঙনি। পাণ্ডবশিংগী ভক্তি লৈবগী মগুন্না শুমহৎখিবনা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানমক্কাও দূতকী (পাউখোল্লোয়গী) থবক তৌখি।

## নৈনরোল

মহারাজ পরীক্ষিৎনা কিদনবগী বা হায়রিবা পূম্বা অমসুং শীঙনরম্লিবা বা ঙাঙলকপা পূম্বা মতীক-ময়ায়গী য়েংলুরগদি হেন্না হায়গৎপা অমতা নৎলমদে। ধর্ম্ম কায়রবদি স্বর্গবাসী দেবতা ওইগে ওইসনু মহারাজ পরীক্ষিৎকী অকন্বা শান্তিদগী নাম্থোকপা য়ারোই হায়না মহাক্না হায়রম্মী। মহাকী নাপল অছু অরেম্বদা তৌবা নৎলমদে, মরমদি ভগবান্‌গী ভক্তদি ভগবান্‌গুম্না শক্তি চেন্নম্মী নত্রগা ভগবান্‌গী কৃপানা ভগবান্‌মক্তগীম্ন হেন্না শক্তি চেন্‌বসু করিগুম্বা মতমদা ওই; অছুনা ভক্ত অমনা হায়খিবা বাদি চুম্ন-চুম্নগী মতমদা পাঙথোকপদা বানঙাই ওইরবসু ভগবান্‌গী কৃপানা চপচানা পাঙথোকয়ি। ভগবান্‌গী মফমদা লৈবা বিশুদ্ধ ভক্তিনা অছুগা পাণ্ডবশিংনা ভগবান্দা মশা মশাবু কৎথোকচবনা ময়ম ওইছুনা শ্রীকৃষ্ণ ভগবান্না মখোয়গী সারথি অছুগা করিগুম্বা মতমদনা দূত ওইথিবনি। অস্নুম্না ভগবান্না মাগী ভক্তদা তৌবা থবক্তি মহাকী পেন্নবগী মশক্নি, মরমদি প্রেম অমসুং ভক্তিগা লোয়ননা ভগবান্‌গী সেবা তৌবা নত্তনা মথৌ অমা লৈত্রবা অছুগুম্বা বিশুদ্ধভক্ত অমগী মফমদা মতেঙ পীবছু ভগবান্না পামজৈ। ভগবান্‌গী সখা ওইনা মিংচৎলবা ভক্ত অর্জুন্‌গী মশুবুংঙো মহারাজ পরীক্ষিৎ মবুধোগুম্না কৃষ্ণগী শুদ্ধভক্ত অমা ওইরম্মী, মরমছুনা মাগী নাক্তা ভগবান্না লৈরকপসি মানা মমাগী গর্ভদা অশ্বত্থামাগী ব্রহ্মাস্ত্রনা চাকৃথেকে তৌবদা গতি লৈতবদৌনা লৈরম্বা মতমদগী হৌনা লৈরকপনি। ভক্তবু মতম পূম্বদা ভগবান্না ঙাকশেন্নী, মরমছুনা মহারাজ পরীক্ষিৎনা ধর্ম্মদা পীরম্বা 'অভয় বচন' (কিদনবা বাঙাঙ) অর্থ য়াওদবা বা কদৌঙৈদসু ওইরোই। ধর্ম্মনা বাকমসি তশেংনা থাজরম্মী, অছুনা নিংথৌগী অবাংবা পদবীগী মতীক ওইবা তৌরি হায়বগীদমক নিংথৌগী মফমদা তৌবিমল থঙবা ধর্ম্মনা উৎখি।

### শ্লোক ১৮

**ন বয়ং ক্লেশবীজানি যতঃ স্যুঃ পুরুষর্ষভ।**
**পুরুষং তং বিজানীমো বাক্যভেদবিমোহিতাঃ ॥১৮॥**

## শব্দার্থ

ন—নত্তে; বয়ম্—ঐখোয়; ক্লেশবীজানি—অবাবগী মরু; যতঃ—মঙোন্দগীঃ স্যুঃ—অস্নুম্না থোকয়ি; পুরুষ-ঋষভ—মীওইবলক্তা হে অথোইবা; পুরুষম্—নীপাবু; তম্—মাবু; বিজানীমঃ—খঙঙী; বাক্য-ভেদ—বা (মত) খেন্নবা; বিমোহিতাঃ—শুমহৎলবা।

## মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে মীরক্তা অথোইবা, কনানা ঐখোয়গী অবাবসি থোকহল্লিবনো হায়বছু ঐখোয় খঙবা ঙমদে মরমদি দর্শন-পণ্ডিতশিংগী খেন্নবা মত ময়ান্না ঐখোয়বু ঙাওহল্লে।

## নৈনরোল

পৃথিবীসিদা দার্শনিক য়াম্ন্রে, কার্য্যাকারণগী মরমদা থোইদোক্না অবাবগী মরম অমসুং জীবগী মথক্তা ওইরিবা ফলগী মতাঙদা মখোয় মখোয়না তোঙান তোঙান্‌বা মত পুথোরক্লি। চাউরাক্না দার্শনিক অচৌবা তরুকথক লৈ মছুদি—বৈশেষিক দর্শন পুথোকপা কণাদ, ন্যায়দর্শন পুথোকপা

গৌতম, যোগদর্শন পুখোকপা পাতঞ্জলি, সাংখ্যদর্শন পুখোকপা কপিল, কর্মকাণ্ড পুখোকপা জৈমিনি অমসুং বেদান্ত দর্শন পুখোকপা ব্যাসদেব।

ধর্মগী শক্লোবা শল্লাবা অমসুং পৃথিবীগী শক্লোবা শল্ অমোম অনীমক্না জীবগী অৱাবগী মরম অপান্না ওইরিবদি কলি-নি হায়বসি মুন্না খঙলবসু মখোয়নীমক ভগবান্গী ভক্ত ওয়াক্লিনা ভগবান্গী য়াথং নত্তনদি কনামত্তনা মখোয়দা অৱাবা পীবা ঙম্বা নত্তে হায়বসু মখোয় খঙঙী। পদ্মপুরাণগী মতুং ইন্না, ঐখোয় ঐখোয়গী পাপকী মতুং ইন্না ঐখোয়না হৌজিক হৌজিক অৱাবা ফংলিবনি, অমসুং হায়রিবা পাপশিংসে ঐখোয়না পূর্বীং শেংনা ভক্তি সেবা তৌরবদি অমুম কোকনি। মরমসিনা ভক্তশিংনা মখোয়গী মাঙ-তাক্লবা তৌরিবা মীশিংবু উরবকাওবদা মখোয়দা পীরবা অৱাবগীদমক কত্তবা মীশিংসুবু দোষ পীদে। মাঙ তাক্লবা তৌরিবা মীসুবু ইজন্বা কনানো অমা লৈ হায়না ভক্তশিংনা লৌয়ি, মরমসুনা মখোয়না ভগবান্না খজিক খজিক্তা ওইবা পীবা অৱাবনি হায়না মখোয়গী অৱাবসু খাঙঙী, ভগবান্না খজিক্ত ওইনা ফংহন্বা নংত্রগদি অৱাবশিংসুগী চাং য়াম্না হেন্নংলমগদবনি।

মহারাজ পরীক্ষিৎনা পান্নবদি মখোয়দা অৱাবা পীরিবা মীসুগী মথক্তা করি করি হায়নীংবা লৈবগে হায়বসুনি। অমসুবু মথক্তা পীরিবা মরমশিংগী মতুং ইন্না মখোয়দা অৱাবা-পীরিবসুগী মরাল হায়নিঙলমদে। লম্নাই বুদ্ধিনা পণ্ডিত শাবা দার্শনিকশিংনা ভগবান্গী য়াথং অমা য়াওসুনা অৱাবা ফংনরিবনি হায়বসি লৌনীঙদে, অসুনা মখোয়না থোকপা মওংদা জীবশিংগী অৱাবা ফংনরিবগী মরম পুখোক্লবা হোৎনৈ। মখোয়না পুখোরকপা মরমশিংসু মথাদা লাকদবা শ্লোকশিংদা য়াওরি। শ্রীল জীব গোস্বামীনা হায়বা মতুং ইন্না, লম্নাই মত পুখোকপা মীশিংসু মথন মথন্তা বিভুলা চুবা ওয়াক্লি। মরমসুনা কারণ পুম্নমক্কী থোরককম ওইরিবা মরুদি পরমেশ্বর ভগবান্নি হায়বসি মখোয়না খঙজদে।

শ্লোক ১৯

**কেচিদ্ বিকল্পবসনা আহুরাত্মানমাত্মনঃ ।**
**দৈবমন্যেঽপরে কর্ম স্বভাবমপরে প্রভুম্ ॥১৯॥**

শব্দার্থ

কেচিৎ—কনা কনানা; বিকল্পবসনাঃ—ভেদ ভাব পূম্ববু য়াদবা মীতাশিংনা; আহুঃ—হায়; আত্মানম্—মশামকপু; আত্মনঃ – মশামকী; দৈবম্—গ্রহনচিংবা দেবতা; অন্যে—অতোপ্পশিংনা; অপরে—অতোপ্পা অমনা; কর্ম—তৌরবা থবক; স্বভাব—প্রকৃতি (মহৌশা কৌবী লাইরৈমা); অপরে—অতোপ্পা অমনা; প্রভুম্—মপু।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ভেদভাব-য়াদবা মীতানা হায়—জীবগী অৱা সুংঙাইবসি মশা মশানা থোকহনজবনি। অতৈ কনা কনানা হায়বনা গ্রহনচিংবা দেবতাশিংনা জীবগী অৱা সুংঙাই থোকহনবনি হায়বসিনি। অতৈ অমনমক হায়—জীবগী কর্মনা জীবনা অৱা-সুংঙাই ফংবনি। ঘোর সংসারীশিংনা হায়—প্রকৃতিনা জীবগী অৱা-সুংঙাই থোকহনবনি।

## নৈনরোল

মথক্তা হায়রিবহুনি, জৈমিনি অমসুং মাগী তুইনবশিংগুম্বা দার্শনিকশিংনা হায় মহুদি—মহৈ চাননবা তৌবা কর্ম্মনা অবা-মুংঙাই পুন্নমক্কী থোরককম্নি, অদুগা মীদগী হেনবা ঈশ্বর নত্রগা দেবতা ওইনা অঙম্বা কর্ত্তা অমা লৈ হায়রবসু ঈশ্বরদুসু নৎত্রগা দেবতাশিংদুসু কর্ম্মগী মথা পোনবনি। মরমদি মখোয়না কর্ম্ম-তৌবা মীহুদা কর্ম্মদুগী ফল পীনবিরি। মখোয়না হায় মহুদি—কর্ম্মদি তোঙাত্তাবা পোৎ নত্তে মরমদি কর্ম্মদু তৌবা মী অমা লৈরি, মরমদুনা কর্ম্ম-তৌবা মশামক মাগী অবা-মুংঙাই থোকহন্নবা মরম্নি। কনাগুম্বগী পুক্লোংনা সংসারগী পোৎ অমতা পামত্রবদি মীদুনা মশাবু পোৎ-পাম্বগী ফংদহুনা বাব্দগী কনৃজবা ঙম্মী। মরমদুনা কনামতনা সংসারদা আসক্ত ওইফদে। অদুনা সংসারগী অবা-মুংঙাইগী মতাঙদা পুক্লোংনা কনাগুম্বগী মরুপ নৎত্রগা য়েক্লবা ওই।

নাস্তিক ওইবা সাংখ্য মত-চৎপশিংনা হায়—প্রকৃতিনা অবা-মুংঙাইগী থোরককম্নি। মখোয়গী মত মতুং ইন্না পঞ্চভূতনা তিন্নরগা সংসারগী অবা-মুংঙাইগী মরম্নি অদুগা পঞ্চভূতনা নীঙথায়দুনা তোঙান তোঙান তারগা সংসারগী অবাবা কোক্নি। গৌতমগা কণাদ্-কনা হায়—পরমাণুময়াম তিন্নবনা পোৎলম থুদিং থোকপনি; অষ্টাবক্রগুম্বা নির্ব্বিশেষবাদীশিংনা পুথোরকপনা অসিনি মহুদি ব্রহ্ম কৌবা আধ্যাত্মিক মঙাল্লা থোরককম পুন্নমক্কী থোরককম্নি। অদুবু ভগবদগীতাদা ভগবান শ্রীকৃষ্ণ মশামক্লা হায়রি—মহাক্লা নির্ব্বিশেষ ব্রহ্মগী থোরককম্নি, মরমদুনা পরমেশ্বর ভগবান্ মহাকমক্লা থোরককম পুন্নমক্কী থোরককম্নি। ব্রহ্মসংহিতাদসু হায়রি—ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনা থোরককম পুম্বগী থোরককম্নি।

## শ্লোক ২০

**অপ্রতর্ক্যাদনির্দ্দেশ্যাদিতি কেষপি নিশ্চয়ঃ।**
**অত্রানুরূপম্ রাজর্ষে বিমৃশ স্বমনীষয়া ॥২০॥**

### শব্দার্থ

অপ্রতর্ক্যাৎ—য়েৎপা য়াদবনা; অনির্দ্দেশ্যাৎ—বাখল্লা লাম্বা ফংদবনা; ইতি—মতৌ অদুন্না; কেষু—কনা কনাদা; অপি—সু; নিশ্চয়ঃ—অরেপ্পনি; অত্র—মফমসিদা; অনুরূপম্—ফরম্বনা অচুম্বনো হায়বদু; রাজর্ষে—হে নিংথৌলক্কী ঋষিও; বিমৃশ—বারেপ ভাবিরো; স্ব—নশামক্কী; মনীষয়া—বুদ্ধিনা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

থরমনা থাজে মহুদি—অরাবগী মরমসি য়েৎনরগসু থোকৃতে অদুগা বাখল্লা শাগৎতুনসু ফংবা ঙমদে অদুগা বাহৈনসু কোঙদোকপা ঙমদে। হে রাজর্ষি, নরম্নাই বুদ্ধিনা পুন্নমকসি বিচার তৌরগা লৌনীংবা অমা লৌবিয়ু।

## নৈনরোল

মথক্তা হায়রিবহুনি, ভগবান্গী ভক্ত বৈষ্ণবশিংনা থাজে মহুদি—পরমেশ্বর ভগবান্গী য়াথং নত্তনা করিগুম্বা অমত্তা থোকপা ঙমদে। মহাক্লা পরম নিয়ন্তানি, মরমদি মহাক্লা ভগবদগীতাদা হায়—মহাক সর্ব্বব্যাপী (পুন্নমক শীন্দুংবা) পরমাত্মা ওইনা জীব থুদিংগী থম্মোইদুংদা লৈ অদুগা জীবনা তৌবা থবক লোইনমক্কী সাক্ষীনি। মতীকচাবা বিচারপতি অমনা লায়েন হায়ত্রিবমখে অরানবা থবক্কীদমক কনামতবু শাস্তি পীবা য়াদে হায়বা নাস্তিক অমগী যুক্তিবু মতাঙসিদা ককথৎলে, মরমদি ঐখোয়না

জীবগী নিত্য-সাক্ষী অমসুং নিত্যসঙ্গী ওইবা পরমাত্মাবু য়ারি। জীবনা হৌথিবা নত্রগা হৌত্তিকী পুন্সিদা মানা তৌথিবা পূন্নমক কাউবা য়াই, অদুবু হকচাঙ কৌবা পামেলসিদা ব্যক্তিগত আত্মাগা পরমাত্মাগা অনীনা উচেকুম্না তোংদুনা লৈ হায়রবসি ঐখোয় খুদিংমক্না খঙকম থোকরি। অনীসি মসুংদা জীবাত্মানা উপাস্নীদুগী (হকচাঙগী) উহে চারি; অদুগা পরমাত্মানা জীবনা তৌরিবা থবকশিংদু সাক্ষী ওইনা য়েংলি। মরমসিনা পরমাত্মানা জীবগী থবক পূন্নমকী সাক্ষীনি, অদুগা পরমাত্মাগী খুজিলতনা জীবনা মহালমূকী মপোক্তা তৌথিবা থবকশিংদু নীঙশীঙডা নত্রগা কাউথোকই। মরমসিনা মহাক্না (পরমেশ্বর) সর্ব্বব্যাপী ওইবা নির্ব্বিশেষ ব্রহ্মদুসুনি অদুগা মী খুদিংগী থম্মোইদুংদা লৈবা পরমাত্মা-দুসুনি। মহাক্তি হৌপ্রবা, ওইরিবা অমদি ওইরকদবা মতম পূন্নমকপু খঙবনি অদুনা মঙোন্দগী করিগুম্বা অমতা লোৎপা য়াদে। ভক্তশিংদি রাকম অসি খঙডী, মরমদুনা মখোয়না ফলগী আশা কাহেন্না তৌরুবা লৈতনা মথৌ মথৌদু তৌয়ি। অদুগীসু মথক্তা, ঐখোয় কনামতনা ভগবান্না পীরকদবা ফল অদু, ঐখোয়না পণ্ডিত ওইদুনা য়ৌনা থল্লুবনসু, করি ওইগদগে হায়বা খঙবা ঙমদে। অদু ওইরবদি, করিগীনো ভগবান্না থরবু অরাবদা তাহল্লী থএবুনা তাহন্দে? বেদখঙবা মরক্তা খ্যাইদগী হেন্না খঙবা মহাক্নি অদুগা তশেংবা বেদান্ত-হৈবসু মহাক্নি। অদুগা মহাক বেদান্ত-খোমজন্‌বা অদুসুনি। কনাগুম্বা অমতনা মঙোন্দগী তোঙান্নাবা য়াদে, মীপুম খুদিংমক মাগী সেবা তোঙান্‌ তোঙান্‌বা মওংদা তৌয়ি। মায়াবদ্ধ অবস্থাদা, জীবনা ভগবান্‌গী সেবা তৌবসি অপরা প্রকৃতিগী মখা পোন্না লৈরগা তৌরি, অদুগা মুক্ত অবস্থাদা জীবনা ভগবান্‌বু প্রেম-সেবা তৌবা মতমদা জীববু পরা প্রকৃতিনা তেঙবাঙডী। ভগবান্না থবক তৌবদা নাতৈচাদবা অমদি বুদ্ধি-চোইবগী রা লৈতে। মাগী থবক পূন্নমক অদ্বয়-তত্ত্বগী মায়কৈ পাংবা ঙাক্নি। ভীষ্মদেবদি ভগবান্‌গী থবকশিংদো (মীওইবগী রাখন্না লাম্‌ঙমদবদু) চুম্না থন্‌বা ঙমখি। মরমসিনা হায়গদবা রাং হায়রবদু অসিনি মদুদি—ধর্ম্মগী মহুৎ অদুগা পৃথিবী মহুৎ অনীগী অরাবা পরীক্ষিৎপু উহল্লিবসি পরীক্ষিৎ মহারাজদু ফিজমডাই শাসন-কর্ত্তানি হায়বসি উৎননবা থোরাংখিবনি, মরমদি আধ্যাত্মিক উন্নতিগী (অকান্নমগী) য়ুম্বী অনী ওইরিবা শল (পৃথিবী) অমসুং ব্রাহ্মণ (ধর্ম্মনীতি) অনীবু করম্না ঙাকৃশেন্‌গদগে হায়বদু পরীক্ষিৎ মহারাজদি মুম্না খঙডী। মী খুদিংমক ভগবান্‌গী মখা পোন্‌বনি। কনাগুম্বা অমবু থবক অমা তৌহন্নীংলবা মতমদা করম্বনা করম্বা থবক মতানো থল্লুবা লৈতনা ভগবান্না তৌবা খুদিংদা অচুম্বা নম্বনা অরান্‌বা অমতা য়াওদে। মহারাজ পরীক্ষিৎতি মহাত্মা অমা ওইবনিনা মাবু চাং য়েংবনি। মহাক্না মাগী অশিংবা মন অদুগী মপান্না করম্না সমস্যাদু সমাধান তৌথি হায়বদু ঐখোয় হৌজিক য়েংসি।

শ্লোক ২১

সূত উবাচ
এবং ধর্ম্মে প্রবদতি স সম্রাড্ দ্বিজসত্তমাঃ।
সমাহিতেন মনসা বিখেদঃ পর্য্যচষ্ট তম্॥ ২১॥

শব্দার্থ

সূতঃ উবাচ—সূত গোস্বামীনা হায়রম্মী; এবম্—মতৌ অসুম্না; ধর্ম্মে—ধর্ম্মনা (শল্লাবদা); প্রবদতি—হায়রকপা; সঃ—মহাক; সম্রাট—নিংথৌরেন; দ্বিজসত্তমাঃ—ব্রাহ্মণলক্তা অথোইবশিং; সমাহিতেন—পুক্নীং চঙনা; মনসা—পুক্নীংনা; বিখেদঃ—অরাল অহই য়াওদবা; পর্য্যচষ্ট—পাউখুম্লমী; তম্—মঙোন্দা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সূত গোস্বামীনা হায়রম্মী—ব্রাহ্মণলক্তা অথোইবশা, নিংথৌরেন পরীক্ষিৎ অসু ধর্ম্মগী বা তাবদা পেল্লম্মী অমসুং অরাল-অসুই য়াওদবমথৈ পাউথুম্লম্মী ।

নৈনরোল

ধর্ম্মগী শক্লোব শল্লাবগী বাসু দার্শনিক জ্ঞান ঙাক্তগী ওইরম্মী, অসুনা মসু তাবদা নিংথৌনা পেনখি, মরমদি অরাবা নংলিবা শল্লাবসু অচম্বা শল নংলমদে। পরমেশ্বর ভগবান্‌গী বিধিবু মুল্লা খঙব্রবদি কনামতনা অসিগুম্বা দার্শনিক তত্ত্বগী মরম ওইবা বাশিংসি ঙাওবা ঙম্লোই । নিংথৌ-রেনসু চপ, মান্নবা বুদ্ধি-লৈবা ওইরম্বনা করিমত্তা লান্বা য়াওদবথৈ ধর্ম্মগী মফমদা পাউথুম্লম্মী।

শ্লোক ২২

রাজোবাচ
ধর্ম্মং ব্রবীষি ধর্ম্মজ্ঞ ধর্ম্মোঽসি বৃষরূপধৃক্ ।
যদধর্ম্মকৃতঃ স্থানং সূচকস্যাপি তদ্ভবেৎ ॥২২॥

শব্দার্থ

রাজা উবাচ—নিংথৌনা হায়রম্মী; ধর্ম্মম্—ধর্ম্ম; ব্রবীষি—নঙনা হায়রি; ধর্ম্মজ্ঞ—হে ধর্ম্মনীতি খঙবা; ধর্ম্মঃ—ধর্ম্ম; অসি—নহাক ওই; বৃষরূপধৃক—শল্লাবগী মশক লৌরিবা; যৎ—মসু; অধর্ম্ম-কৃতঃ—নত্তবা তৌবা, অধর্ম্ম-তৌবা; স্থানম্—মফম; সূচকস্য—শক্তাক্লিবা; অপি—সু; তৎ—মসু; ভবেৎ—ওইরকই।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নিংথৌনা হায়রম্মী—শল্লাবগী শক লৌরিবা নহাক কনানো ? নহাক ধর্ম্ম করিনো খঙই অসুগা নহাক্না অধর্ম্মতৌবা মীগী মফমসু অধর্ম্ম-তৌবা মীগী শক তাক্লিবা মহাক্তসু ওই হায়বা ধর্ম্মনীতিগী মতুং ইন্না বা ঙাওসি । অসুনা নহাক ধর্ম্ম হায়বসু নত্তনা অতৈ অমা নত্তে।

নৈনরোল

ভগবান্‌গী য়াথং নত্তনা মতোপ্লগী কান্নবা তৌবগী নপ্রগা মাঙনবা তৌবগী দায়ী কনামতনা ওইদে হায়বসি ভক্ত অমনা পুবা য়ানি; মরমসুনা ভক্তসুনা কনামতবু মানা তৌবা থবক্তীদমক অপান্নবা দায়ী ওইকন থোক্লে হায়না লৌই । অসুগা মতাঙ অনীমক্তা মহাক্না লৌরিবদি অতোং অমাঙ অনীমক্তা ভগবান্না ওইহন্‌বা ঙাক্লি হায়বসিনি, অসুনা অনীমক ভগবান্ কৃপা ঙাক্লি । কান্নবা অতোংবগী মতাঙদদি মসু ভগবান্না তৌবিরকপা কৃপানি হায়বদা কনামতনা য়াদবা তৌরোই, অসুগা অমাঙ-অতাগী মতাঙদদি ভগবান্না মাগী ভক্ত অমবু অরাবদা লংথবগীদমক ভক্তসুবু ভগবান্না চান্‌বিরোই হায়বসিদা কনামতনা চিংনদবা ঙম্লোই । যীশু খৃষ্টবু অপঙবশিংনা ক্রশাং চন্দুনা অরাবদা তাহন্‌খিবসু মথক্তা পল্লিবা অরাবা মওংদা লংশন্‌বা মান্নী, অসুবু মহাক্না মাগী কত্তনবা তৌরিবা মীশিংসুবু শাউরমদে । মসুম্না অকবা কত্তবা থোক্লবা খুদিংবু খাঙগদবনি। অসুনা ভক্তশিংনা খন্‌বদি অধর্ম্ম-তৌবা মীশুম্না মাবু শক্তাক্লিবা মীসু অধর্ম্ম-তৌবগী মফম (নরকচিংবা) অসু কংগনি।

ভগবান্গী কৃপানা ভক্তদি অরাবা লাকপমথৈ অহুম থাওই। হায়রিবসি মহারাজ পরীক্ষিৎনা উরম্মী, মরমহুনা মহাত্মা শল্লাবহু ধর্ম্ম মশামক নত্তনা অতৈ অমা ওইরম্লোই হায়না পরীক্ষিৎনা লৌরম্মী। মাহৈ অমরোমদা হাররগনা ভক্তশীদি অরাবা কংবা হায়রণ লৈতে মরমদি অরাবনি হায়নরিবহু ভক্তশীদমক্তদি ভগবান্গী কৃপানি, করিনা ভক্তদি পোৎ খুদিংমক্তা ভগবান্বু উই। শল্লাবা-অমোম অনীহুনা মথোয়বু কলিনা ওৎলম্বহু নিংথৌদা মাকৎলমদে, অতৈ ওইরবদি অসি-শুম্বা ওংলক-নৈরকপগী মাহু নিংথৌদা নত্রগা অওম্বদা মাকৎনরিবনি। শল্লাবগী শাজৎতু থ্বাইগা মায়দবা ওইবহুদা নিংথৌনা শল্লাবহুবু ধর্ম্মমক্লি হায়না লৌথি, মরমদি কনাম তনা ধর্ম্মনীতিগী অকুপ্পা মযোল শুনা থওলমদে।

## শ্লোক ২৩

**অথবা দেবমায়ায়া নূনং গতিরগোচরা।**
**চেতসো বচসশ্চাপি ভূতানামিতি নিশ্চয়ঃ ॥ ২৩ ॥**

### শব্দার্থ

অথবা—নত্রগা; দেব—ভগবান্; মায়ায়াঃ—শক্তিশিং; নূনম্—মাৎপা; গতিঃ—মতৌ; অগোচরা—উদবা (খওবদা মাবা); চেতসঃ—পূক্নীংনা; বচসঃ—মাহৈনা; চ—নৎত্রগা; অপি—সু; ভূতানাম—জীবশিংগী; ইতি—মতৌসুম্না; নিশ্চয়ঃ—অওইবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নত্রগা, ভগবান্গী মায়া (শক্তি) অহুগী মতৌদি লেপ্পমক জীবশিংগী পূক্নীং অমসুং মাহৈনা লাম্বদা মাবা ঙাৎনি, মসিদা করিমতা চিংনবঙাই লৈতে।

### নৈনরোল

ভগবান্না থবক খুদিংমক থোকহন্বনি হায়বসি লেপ্পমক খওলবমক্তদা ভক্তনা থবক-তৌবা মীহুবু শক্তাক্লীংদবা করিগীনো হায়না মাহং অমা হংবা য়াই। মমৈদা থবক তৌরিবদি মহাক্লি হায়না থবক-তৌবহুবু খওলগা খওলবা মহাক্লা থবক তশেংনা তৌরিবহুবু খওদবা শাবদি হৌনদে। চিংনবসি কোক্নবা পাউথুমদি অসিনি মহুদি ভগবান্ মাহু অপাম্বনা দায়ী ওইদে, মরমদি থবক খুদিংমক মহাক্তী মহুৎ-ওইবা মায়া-শক্তিনা তৌবা ঙাক্তনি। ভগবান্গী পরম-কর্তৃত্বগী মরমদা মায়া-শক্তিনা মতম লৈবা থিবিক্তা চিংনবা পোকহল্লী। করিগুম্বা অমতা ভগবান্গী ইচ্ছা নত্তনা থোক্তে হায়বসে ধর্ম্ম মহাক্তি মূরা খওলম্মী, অহুম ওইনমক মায়াশক্তিনা ধর্ম্ম মাবুম্ম বিতুলা চুহল্লী, মরমহুনা ধর্ম্মনা থৌদোক্তী পরম কারণ ওইবহু কনানো হায়না তাক্লমদবনি। বিতুলা চুরিবসি কলি অমসুং মায়াশক্তিগী প্রভাবননি। কলিযুগগী মুংশীৎ-ইরাংবু মায়াশক্তিনা পাক-শন্দোকহল্লী অহুনা কয়ামুক পাক-শন্বনো হায়বহু হায়ওমদে।

## শ্লোক ২৪

**তপঃ শৌচং দয়া সত্যমিতি পাদাঃ কৃতে কৃতাঃ।**
**অধর্মাংশৈস্ত্রয়ো ভগ্নাঃ স্ময়সঙ্গমদৈস্তব ॥ ২৪ ॥**

## শব্দার্থ

তপঃ—হকচাঙনা অবাবা খাঙহনা হোৎনবা; শৌচম্—শু-নানবগী শেংবা; দয়া—মীচুংশি; সত্যম্—অওইবা; ইতি—অসি; পাদাঃ—খোঙ; কৃতে—সত্যযুগদা; কৃতাঃ—লৈহল্লমী; অধর্ম—নংতবা লীচৎ; অংশৈঃ—শরক্না; ত্রয়ঃ—অহুম; ভগ্নাঃ—ভেক্লবা; স্ময়—নাপল; সঙ্গ—মুপীগা হকচন্না লোয়নবা; মদৈঃ—ময়াই-কাবা; তব—নহাক্কী।

## মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সত্যযুগদা ধর্ম নঙগী তপ, অশেং-অমাংগী শেংবা (শৌচ), মীচুংশি (দয়া), অওইবা (সত্য), হায়বা নখোঙ মরিসি লিংনা লৈরম্মী। নখোঙ অহুমদি নাপল, মুপীদা হকচন্‌বা, ময়াইকাবা হায়বসিনা মরম ওইদুনা ভেক্লে।

## নৈনবোল

জীববু মায়ানা শুমহৎপগী চাংদাগী তুং-ইন্না জীবগী মথক্তা মায়ানা থবক তৌরি। মৈরানবীবু মৈঙানগী অরঙবনা শুমহৎলী, মহুনা মরম ওইদুনা মৈরানবীবু মৈনা চিংশল্লী। মতৌ অদুগুম্না, মায়ানা মাগী লাংদা থুরবা জীববু মায়া কৌবা মৈগী মসুংদা চোংশলহল্লী। বৈদিক শাস্ত্রশিংনা মায়া-লাংদা থুরুদনবা অদুগা মায়া-লাংদগী নাম্বোক্লবা হারক-হাতেম্মী। পঙথবা কৌবা অমসুদা চঙঙদনবা অদুগা মঙানগী মায়কৈ ভন্না ভন্না চংশন্নবা বেদশিংনা ঐখোয়দা চেকশন্নবা পাওতাকরি। ভগবান্‌গী মায়াশক্তিবু লাম্বোকপদি য়াম্না লুই হায়না ভগবান মশামক্তা হায়রম্মী; অদুবু মঙোন্দা পুন্না চঙজরবা মীদি মাগী মায়াবু লাম্বোকপা য়াম্না লাইনা ওমগনি হায়নসু ভাকপীরম্মী। অদুবু ভগবান্‌গী খোঙ-থম্নান্দা পুঙচৎ-চঙজবা হায়বসিসু য়াম্না লাইবা পোৎ নত্তে। মঙোন্দা চঙজবা হায়বসিদা তপ-শৌচ-দয়া-সত্য হায়বসি ফজনা চৎপা মীতাদনা তৌগদবনি। চাওখৎলবা সভ্যতাগী শকতম মরিসি সত্য-যুগগী লক্ষণ ওয়রি। যুগ অদুদদি মী খুদিংমক তপশেংনা মতীক-চাবা ব্রাহ্মণ মকোক অদুগুম্বা ওয়রি অদুগা পুন্সিগী আশ্রম য়েংলুরগনু পরমহংস জাতাগী সন্ন্যাসী ওয়রি। কৃষ্টিগী বা হায়রগা, মতমহুগী মীশিংদি মায়াগী লাংদা থুরমদে। অসিগুম্বা লীচৎ-নাইবা থম্মোই-শেংবা মীওইতনা মায়া-লাংদগী লীংখোক্লবগী মতীক-চপ-চাবা হায়বহু ওইরম্মী। অদুবু ব্রহ্মণ্য সংস্কৃতিগী য়ুমকম ওইবা নীতিশিং হায়বদি তপ-শৌচ-দয়া-সত্য হায়বহু নাপল-মুপীসঙ্গ-মদ নচিংবা অসিনা হেক্লৎলকপগা লোয়নননা অসুম অসুম ময়েং তাথরকরি, মহুগী মরম্না মুক্তিগী লম নত্রগা দিব্য আনন্দগী লম অহু মীওইবা সমাজদগী লাম্না লাম্না লৈখি। কলিযুগনা হেক্লৎলকপগা লোয়ননা মীশিংনা নাপল য়াম্না তৌখৎলকরি, অদুগা মুপীগা সঙ্গ ভৌবা হেক্লৎলকরি অমসুং ময়াই কাবসু হেক্লৎলকরি। কলিগী প্রভাব-না লৈত লাইরবা মীসু পাই অমতং পায়বগীদমক গপ কাজৈ, মুপীশিংনা মতম পুম্নমক্তা মুপাগী পুক্লীং চুবা ওন্নবা কীজোল শেংচল্লকরি, অদুগা মীশিংনা য়ু থকরি, চুরূপ-হীদাক থকরি, চা থকরি অমসুং হীদাকমনা তম্মী। শাজৎহৈনবী ময়ামসি হায়বদি সভ্যতা চাওখৎপনি হায়দুনা তৌরিবশিংসে অধর্মদনা পুরকপা মরু ওইবা মরম ওয়রি; মরমসিনা শেনজা-থুমতাবা, অচান-মীরায়-নাইবা অসিনচিংবা অমোৎপা ময়ামসিবু খিংবা য়াদবনি। আইন লেংবা ওাকুনা হায়বদি পুলিশনা য়েংশনবনা ওাক্ কত্তবা শাজৎ-শিংসে খিংবা য়ম্মোই, অদুবু পুক্লীংগী অনাবসি চপচাবা হীদাক থাহুনা হায়বদি তপ-শৌচ-দয়া-সত্য কৌবা ব্রহ্মণ্য সংস্কৃতিগী নীতিশিং চৎপদনবা লায়য়েংবা য়াগনি। হৌজিকী সভ্যতা অমদি আধিক

উন্নতিনা (শেহ্নমগী চাওখৎপনা) অনৌবা মঙ্গলা লাইরবা অমদি অবাৎপা নংহল্লে, মহাক্কা লোয়ননা ময়ামগী শীজরনবা পোৎমখৈ লোৎত্তুনা থল্লে। সমাজগী নেতাশিংনা অমদি শেল্লৈবশিংনা মখোয়গী মরল ভংখাই অমা শেল্লাল্লা লম্জিংবিরবা। মীয়ামবু মুংশিবিহনা চাদিং তৌরবা অহুগা ঈশ্বরগী রাখল থলহন্নবা শিক্ষা পীবদা হায়বদি ভাগবতকী জ্ঞান মীয়ামগী কংবা য়াননবা শীন্নবিরবদি লেপ্পমক কলি-যুগনা মায়াবদ্ধ জীবশিংবু ফানবা লাং থাকপদা কলিযুগবু মায়থীবা পীবা ঙমগনি। ঐখোয়না মতম পুম্নমক্তা নীঙশীঙগদৌবদি ওইদবদা চাউথোকপা হায়বদি ইশা-ইশাগী মমল হাইগৎনা লৌবা, মুপীদা কাহেন্না আসক্ত ওইবা হায়বদি মুপীগা লোয়নহনা ভাকলেনা, অহুগা ময়াই-কাবনা মীওইবগী সভ্যতাবু শান্তিগী লম্বীদগী খৈদোকহনগনি, ঐখোয়না লক্ষ্য শান্তি পাম্মী হায়না লাউহুনহু। ভাগবত ধর্ম প্রচার তৌরবদি মশানা মরল্লাই ওইনা মী পুম্বা তপকী পুজি লেন্নগনি, মুং-পান অনী তুনা অশেং-অমাঙগী বিচার তৌহনা লু-নান্নগনি, অরা-অনা-নংলবা মীবু মুংশিবিগনি অহুগা শাজৎতা অচুম্বদা চৎকনি। মহুনি সমাজগী হৌজিক ওইরিবা অশোয়-অঙাম চুমথোক্নবা পাম্বৈ হায়বনু।

শ্লোক ২৫

ইদানীং ধর্ম পাদস্তে সত্যং নির্বর্তয়েদ্‌যতঃ
তং জিঘৃক্ষত্যধর্মোঽয়মনৃতেনৈধিতঃ কলিঃ ॥ ২৫ ॥

শব্দার্থ

ইদানীম্—হৌজিক; ধর্ম—হে ধর্ম, পাদঃ—খোঙ; তে—নঙগী; সত্যম্—সত্য; নির্বর্তয়েৎ—চৎলীঃ যতঃ—নহুনা; তম্—মহুবু; জিঘৃক্ষতি—মাঙহনগে হায়না হোৎনরি; অধর্মঃ—অধর্মনা; অয়ম্—মসি; অনৃতেন—ওইদকনা, লৌনম্না; এধিতঃ—হেনৎলরিবা; কলিঃ—কলি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নহাক হৌজিক সত্য কৌবা খোঙ নামতনা লেপ্লি অহুগা নঙনা কৈনোমা নত্রগা কৈনোমা তৌহনা চৎলি। অধর্ম কলিনা মাগী ওইদবা হায়বা খুৎলাইগী মপান্না নখোঙ নামহনবু মাঙহনগদবগী হোৎনরি।

নৈনরোল

ধর্মদি মীনা শেম্বা নিয়মগী মথক্তা তোংহনা লেপ্পে, মাদি তপ-শৌচ-দয়া-সত্য হায়বা মরুওইবা নীতি মরিসিগী মতেঙনা লেপ্পনি। মীয়ামবু অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা নীতিশিংসে ভাক্নুনা চৎননবা তম্বিগদৌবনি। তপ হায়বগী অর্থদি হকচাঙদদি মুংভাইরোইদৌবা অহুগা আত্মাবু অনুভূতি (খঙবা) তৌবদদি য়াম্না কান্নবা থবকশিংহু তৌনীংনা তৌবা হায়বনি; খুদমগী মশক ওইনা হায়রগী, চরা হেন্নবা (উপবাস তৌবা)। থা অমগী মমুঙদা অনীরক নত্রগা মরিরক ব্রত ওইনা চরা হেন্নবসি তপ মখল অমনি, মসি আত্মা উপলব্ধিগীদমক তৌনীংনা তৌগদবনি, রাজনীতি নৎত্রগা অতৈ মরমগীদমক তৌগদবা নত্তে। আত্মা-উপলব্ধিগী (পরমার্থগী) নত্তনা অতৈ মরমগীদমক চরা হেন্নবদি ভগবদ্গীতানা য়াদে (১৭।৫-৬)। মতৌ অহুগুম্না শৌচ (লু-হেন্নবা) হায়বসি হকচাঙ অমসুং পুক্নীংগীদমক তৌদবা য়াদবনি। হকচাঙ নান্নবদনদি খরগীমখৈ মতেঙ ওইবা য়াই, অহুনা পুক্নীংগী-লুবদি পরমেশ্বর ভগবানগী নাম কীর্তন তৌবদনা ওইহন্না য়াই। ঈশ্বরবু য়াদবা সভ্যতানা পুক্নীং শেংহন্নবা ঙম্মোই মরমদি সভ্যতাহুনা ঈশ্বর করিনো হায়বা খঙদে। মরমসিমতুগীদমক

অসিগুম্বা সত্যতাগী মীতাশিংনা লন্থুম য়াম্না লৈরম্লম্নু অমত্তা গুণশিংগী মপু ওইবা গুমদে। ঐখোয়না থবক মশক খণ্ডবদি থবক্কুগী ফল উরগা খঙবা য়াই। কলিযুগসিদা মীওইবগী সত্যতাদগী ওইরকপা ফলদি পেন্দবা হায়বচুদুনি; মরমদুনা মীপুম খুদিংমক পেন্দ-লাইচুবনা শান্তি শান্তি হায়দুনা খোয়রাংলে। পুরীংগী শাস্ত্রসিং সত্যযুগত্তদি মপুঙ ফানা লৈরম্মী মরমদি মীপুম খুদিংমক মথক্তা পন্থিবা গুণশিংসি চেল্লম্মী। মথঙ মথঙ বাখরকপনা ত্রেতাযুগ অহুদা গুণ অহুম, দ্বাপরদা অনী অমুগা কলিদা অমতমক গুণারহৌয়ি। কলিযুগগী অমতংসিমু অসত্য (ওইদবনা) নমহৎতুনা অহুম অহুম ময়েং তারল্লি। তপেংবা নংত্রগা তৌশল্লবা নাপল্লা তপকী ফল মাঙহল্লী; মুপী-সঙ্গ য়াম্না পাম্বনা শৌচ মাঙখী; ময়াইকাবা পোৎ য়াম্না শীজল্লবমা মীমুংশি মাঙখী অমুগা ওইদবা প্রচারনা কা হেল্লবদি অচুম্বা (সত্য) মাঙখী। ফত্তবা শাজৎপুহদগী মীওইবগী সত্যতাবু রক্ষা তৌগে হায়রবদি ভাগবত-ধর্ম্মসি অমুক হিংগৎহন্নবতনা গুমগদবনি।

## শ্লোক ২৬

**ইয়ং চ ভূমির্ভগবতা ন্যাসিতোরুভরা সতী।**
**শ্রীমত্তিস্তৎপদন্যাসৈঃ সর্ব্বতঃ কৃতকৌতুকা ॥২৬॥**

### শব্দার্থ

ইয়ং—মসিঃ চ—অমম্বুং; ভূমিঃ—লৈমাক; ভগবতা—ভগবাননা; ন্যাসিত—পাঙথোক্লম্মী; উরু—অচৌবা; ভরা—পোৎলুম্; সতী—অদুম্না তৌরবদা; শ্রীমত্তিঃ—মঙ্গলগী মশকওইবা; তৎ—মহু; পদ-ন্যাসৈঃ—খোঙদাবিবনা; সর্ব্বতঃ—মফমপুম্বদা; কৃত—তৌরবা; কৌতুকা—মঙ্গল (য়াইফবা)।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

পৃথিবীগী পোৎলুম পরমেশ্বর ভগবাননা কোকপীরম্মী। মহাক্না অবতার তৌবিরম্বা মতমদা মাগী খোঙ-থম্বান্না নেৎপীরম্বনা পৃথিবী মপুঙফানা ফজরম্মী।

## শ্লোক ২৭

**শোচত্যশ্রুকলা সাধ্বী দুর্ভগোজ্ঝিতা সতী।**
**অব্রহ্মণ্যা নৃপব্যাজাঃ শূদ্রা ভোক্ষ্যন্তি মামিতি ॥ ২৭ ॥**

### শব্দার্থ

শোচতি—তেংথানি; অশ্রুকলা—মীৎলুগী পিরাংগা লোয়নননা; সাধ্বী—অফবী; দুর্ভগা—লাইবক-থীবী; ইব—গুম্না; উজ্ঝিতা—(ভগবাননা) থাদোক্লবী; সতী—ওইরবদা; অব্রহ্মণ্যা—ব্রহ্মণ্যধর্ম্মচত্তবা; নৃপব্যাজাঃ—নিংথৌ ওইবা শাবনা; শূদ্রাঃ—শূদ্রশিংনা; ভোক্ষ্যন্তি—ভোগ তৌরে; মাম্—ঐবু; ইতি—অদুম্না।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হৌজিক সাধ্বী (অফেঙবী) ওইবী মহাকপু (পৃথিবীবু) লাইবকথীবদগী ভগবাননা থাদোকপিবা মরম্না তুম্না মাগী ওইরক্কদবা অম্বাবগীমক পিরাং শীদুনা কপ্লিবনি, মরমদি হৌজিক নিংথৌ-ওইবা শাবা শূদ্রশিংনা মাবু শাসন তৌরগা ভোগ তৌরদৌরে।

নৈনরোল

ক্ষত্রিয় হায়বদি অরাবদা তারবা মীবু ঙাকশেন্‌বা মতীক চাগদবা মহাক অদুনা রাষ্ট্র শাসন তৌগদবনি। খবক-তম্‌দবা শূদ্র হায়বদি অরাবা-নংলবা মীশিংবু ঙাকশেন্নিঙলবা মীতাবু লৈবাক ঙাকপগী তাঙবন্দা কমহন্‌বা তৌহৈদে। লাইবক খীবদি করি হায়গনি, কলিযুগ অসিদদি খবক হৈনবা তম্‌দবা শূদ্রশিংনা ভোট কংদুনা লৈবাক ঙাকপগী কম পায়নরি, অদুগা অরাবা-নংলবশিংবু কনগে হায়বদি তোক্লুনা মী খ্বাইনা হৈনদবা কিতম অমা খোকহল্লি। মখোয়সিগুম্বা লৈবাক ঙাকপশিংনা প্রজাশিংগী হুংঙাইনবা তৌবগী মহুত্তা আইন্না য়াদবা মওংদা মশা মশাগী পেন্নবা হোংনৈ। মতৌ অসুম তৌবনা ইমা মালেম-লৈমনা মচাশিংগী হায়বদি মী অমসুং শা-শলগী কীতম কত্তবা উরদুনা ভেংখারি। কলিযুগ অসিদা তুংগী ওইরকদৌবা পৃথিবীগী কীতমদি অদুনি, মতমদুদা অধর্ম্মনা মরায় কাঙখৎকনি। অধর্ম্মগী লীচৎশিংবু নম্‌হৎনবা মতীক-চাবা নিংথৌ অমা লৈত্রবদদি শ্রীমদ্ভাগবতম্‌গী উপদেশ ময়ামসি মীয়ামদা পথাপ নাইনা তাকপীবদনা অমোংপা, শেনক্তা-খুমক্তা অমদি মীবু কিহল্লগা শেল লৌবা অসিনচিংবগী মতৌসি মুখৎপা য়াগনি।

শ্লোক ২৮

**ইতি ধর্ম্মং মহীঞ্চৈব সান্ত্বয়িত্বা মহারথঃ।**
**নিশাতমাদদে খড়্গং কলয়েঽধর্ম্মহেতবে ॥ ২৮ ॥**

শব্দার্থ

ইতি—মতৌ অসুম্না; ধর্ম্মম্—ধর্ম্মবু; মহীম্—পৃথিবীবু; চ—অমসুং; এব—শুম্না; সান্ত্বয়িত্বা—থেমজল্লগা; মহারথঃ—য়েক্নবা লীশীঙ লীশীঙগা মথন্তনা লাম্বেংনবা ঙম্বা সেনাপতি; নিশাতম্—ময়া থৌবা; আদদে—পায়খৎলম্মী; খড়্গম্—থাঙশাঙ; কলয়ে—কলিবু হাৎনবা; অধর্ম্মহেতবে—অধর্ম্মগী থোরককম্ ওইবা মাবু।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মথন্তনা য়েক্নবা লীশীঙগা থেংনবা-ঙম্বা মহারাজ পরীক্ষিৎনা ধর্ম্ম অমসুং পৃথিবীবু মতৌ অসুমনা থেমজল্লম্মী। অদুদগী মহাক্না অধর্ম্মগী থোরককম কলিবু হাৎকে হায়দুনা থাঙশাঙ পায়খৎখি।

নৈনরোল

মথক্তা হায়খিবগুম্না, কলি হায়বসিনা শাস্ত্রনা য়াদবা পাপকী খবক মখল তৌনিংনা তৌই। কলি যুগ অসিদদি কলিগী খবক ঙাক্তা ঙায়রগনি; অদুবু সমাজ-নেতাশিংনা, শাসন পায়বশিংনা, লাইরিক-লাইত হৈবশিংনা অদুদগী খোইদোক্তা ভগবদ্ভক্তশিংনা চেংনা লৈতানা কমদুনা লৈখোক্লগা কলিযুগগী খবকশিংসি খঙশরদবমখৈ তুম্লিন্না লৈয়ু হায়বা নত্তে। নোংজুখোদা নোং মরাঙ কায়না চুগনি হায়দুনা নোংদগী মশা মশাবু কন্ননবা থৌরাং তৌদবমখৈ লৈখোকদবা নত্তে। কলিনা তৌখোরকপা খবকশিং অমদি কলিগী প্রভাব চঙবা মীতাশিংবু থিংননবা খবক জাৎ ঙনা পায়খৎপদি রাষ্ট্রপতিনচিংবা অঙম্বশিংগী মথৌনি। মহারাজ পরীক্ষিৎতি কাঁনক্লকম ওইবা রাষ্ট্রপতিনি, মরমদি মহাক্না কলিবু হাৎকে হায়দুনা খুত্তা মহাকী ময়া-থৌবা থাঙদু পায়খৎখি। শাসন-পায়বা, মীশিংনা অমোংপা শাজং মুখৎনবা য়ায়েপ তাবদনদি চৎনবা

য়ারোই, মখোয়না শাস্ত্রনা য়াদবা অমোংপা থবক তৌরিবা মীতাশিংবু হাংননবা থাঙ পায়দুনা শেমশাদুনা লৈগদবনি । শাসন-পায়বশিংনা মু-দুকান হাংদোকহল্লগা অমোংপা শাজং ময়ামসে কোকহন্‌বা ঙম্লোই । মখোয়না খুদক্তা ময়াই-কন্‌বা হীদাকী অমসুং মুগী দুকানশিংসি খুদক্তা থিংগদবনি অমসুং নেশা চাবা মীতাশিংবু চুমগী শাস্তি পীবদা নত্তনা হাংপকাওবা য়াওনা থবক পায়থংকদবনি । মহারথ ওইবা মহারাজ পরীক্ষিৎনা উৎলিবা মওংদা কলিগী থবকশিংসি থিংননবা মতৌদি শ্লোকসিদা উৎলিবসিনি ।

শ্লোক ২৯

**তং জিঘাংসুমভিপ্রেত্য বিহায় নৃপলাঞ্ছনম্ ।**
**তৎপাদমূলং শিরসা সমগাদ্ ভয়বিহ্বলঃ ॥২৯॥**

শব্দার্থ

তম্—মহাকপু; জিঘাংসুম্—হাৎনীংবা; অভিপ্রেত্য—মুন্না খঙলদুনা; বিহায়—লংশেঙ্কুনা; নৃপ-লাঞ্ছনম্—নিংথৌগী পোলোইসম্পোৎ; তৎ-পাদ-মূলম্—মখোঙদা; শিরসা—কোক্না; সমগাৎ—পুমশোক শোক্লমী; ভয়বিহ্বলঃ—কিমন্‌খিবনা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহারাজ পরীক্ষিৎনা কলিবু হাৎকে নীংলে হায়বসি খঙলবদা কলিনা শেৎলম্বা নিংথৌগী কিজোলদু খুদক্তা হোংদোকখিরম্মী অমসুং মথবায় মাঙলগনি হায়দুনা কিমনখিবনা মকোক নোল্লদুনা মাগী চরণদা চঙজখি ।

নৈনরোল

কলিনা শেৎলম্বা রাজবেশ অদুদি অশেঙবা নত্তে। রাজবেশ হায়বসিদি নিংথৌনা নৎত্রগা ক্ষত্রিয় অমনা শেৎলবদদা মতীক চাবনি, অদুবু শূদ্র অমনা মায়নবা নিংথৌ অমগুম্না রাজবেশ শেৎলবদু মহারাজ পরীক্ষিৎকুম্বা অশেঙবা ক্ষত্রিয়না শীঙনরকপা মতমদা শূদ্রদুগী অশেঙবা মশক অদু লোৎপা য়ারক্তে। অশেঙবা ক্ষত্রিয়মচাদি মীখোঙ পায়দুনা তুবা হৌনদে। মহাক্তি মঙোন্দা কনাগুম্বনা শীঙনরকপদা চেন্দে অমসুং শির শি চঙল চঙ হায়দুনা লাম্বৈংনৈ। য়েক্কবগী মখা পোন্‌বা হায়বসি অশেঙবা ক্ষত্রিয় অমনা খঙদে। কলিযুগ অসিদদি লৈবাকঙাকপা ক্ষত্রিয়মচাগুম্না কিশেৎলগা ক্ষত্রিয় মচা শাশম্নবা য়াম্না লৈখরে। অদুবু অশেঙবা ক্ষত্রিয় অমনা হেক শীঙনরকপদা শাশম্নবা মাগী শক লোৎপা য়ারক্তে। মরমদুনা নিংথৌ শাশম্নদুনা কিজেৎলম্বা কলিদুনা মহারাজ পরীক্ষিৎকা মায়য়োক্নবদি ঙম্লোই হায়বা উবদুনা মকোক লুকথক্লুনা মখাপোন্‌বা অমগুম্না চঙজখি অমসুং মহাক্না শেৎলম্বা রাজবেশদু হন্দোকখি।

শ্লোক ৩০

**পতিতং পাদয়োর্বীরঃ কৃপয়া দীনবৎসলঃ।**
**শরণ্যো নাবধীৎ শ্লোক্য আহ চেদং হসন্নিব ॥ ৩০ ॥**

শব্দার্থ

পতিতম্—তুমবা; পাদয়োঃ—খোঙদা; বীরঃ—অথৌবা; কৃপয়া—মুংশিরদুনা; দীনবৎসলঃ—তোঙদববু মচাগুম নুংশি তৌবা মী; শরণ্যঃ—চঙজফম ওইবা মহাক্না; ন—নত্তে; অবধীৎ—হাৎখি; (ন অবধীৎ—হাৎলমদে); শ্লোক্য—থাগৎনঙাই ওইবা; আহ—হায়রম্মী; চ—অমসুং; ইদম্—অসি; হসন্—নোক্তুনা; ইব—গুম্না ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

চণ্ডজরকপবু লৌশনহৈবা অদুগা থাগৎনভাই ওইবা মহারাজ পরীক্ষিৎনা খোঙদা তুজররবা কলিবু হাৎলমল্লে, অদুগা মুংশিরদুনা মোমোন নোকপিরম্মী, মরমদি মহাক্তি তোল্ল-তাররবু মতাঙ্মা মুংশিহৈবনি।

নৈনরোল

অচম্বা ক্ষত্রিয় অমনকাও মঙোন্দা চণ্ডজরকপা মীবু হাত্তে, অদুনা তোল্ল-তারবা মীবু মুংশিগনবা অমসুং চান্‌বিহৈবা মহারাজ পরীক্ষিৎকুমসা থাদি করি হায়রগনি? মহাক্কা নোল্লবগী মরমদি নিংথৌগী ফিজেৎমাল্লা শেৎলম্বা কর্ণিবা মহাক শূদ্রমচানি হায়না শক তাল্লম্বদুনি। মহাক্কবু হাৎকে নীঙলকপগা কনামতবু কন্‌বা য়ারমদ্রবস্নু শূদ্রমচা কলিদি মতম চানা চণ্ডজরকথিবা মরম্মা হাৎথিদবসি অঙকপনি হায়না মহারাজ পরীক্ষিৎ থন্দুনা লৈথি। মরমসিনা মহারাজ পরীক্ষিৎকী থৌজাল অমসুং মিংচৎকী মরমদা ইতিহাসনা শকশোল্লে। মহাক থৌজান হৈবা অমসুং মুংশিহৈবা নিংথৌরেন অমনি, অদুগা য়েল্লবনকাওবা চণ্ডজরক্লবদি লৌশনহৈবা মহাক্লি। মসুম্মা লাইগী নোংদমদগী কলিবু হাৎথিদে।

শ্লোক ৩১

রাজোবাচ
ন তে গুড়াকেশযশোধরাণাং
বদ্ধাঞ্জলের্বৈভয়মস্তি কিঞ্চিৎ।
ন বর্তিতব্যং ভবতা কথঞ্চন
ক্ষেত্রে মদীয়ে ত্বমধর্মবন্ধুঃ॥ ৩১॥

শব্দার্থ

রাজা উবাচ—নিংথৌনা হায়রম্মী; ন—নত্তে; তে—নহাক্কী; গুড়াকেশ—অর্জুন; যশোধরাণাম্—মিংচৎ কংহৌবশিংগী; বদ্ধ-অঞ্জলেঃ—খুৎলোল্লরিবা মহাক্কী; বৈ—লেপ্পমব; ভয়ম্—অকিবা; অস্তি—লৈ; কিঞ্চিৎ—খজিত্তং; ন—নত্তে; বর্তিতব্যম্—লৈবা য়াহনদবা; ভবতা—নহাক্কা (অদোম্মা); কথঞ্চন—অরেম্বা পাথৈ অমনা হেক; ক্ষেত্রে—লৈবাক্তা; মদীয়ে—ঐগী; ত্বম্—নশাক; অধর্মবন্ধুঃ—অধর্মগী মরূপ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নিংথৌনা হায়রম্মী—ঐখোয় অর্জুনগী মিংচৎকী স্বদ-কংহৌবা মীনি। মরমদুনা নহাক্কা খুৎলোল্লদুনা চণ্ডজরক্লবনিনা নখবাইগীদমস্তি কিমভাই লৈত্রে। অদুম ওইনমক নহাক ঐগী লৈবাক্তা লৈবদি য়াররোই, মরমদি নহাক অধর্মগী মরূপি।

নৈনরোল

অধর্মগী মখল পুম্নমক্কী মরূপ কলিবু মহাক্কা চণ্ডজরক্লবদি কনবীবা য়াই. অদুবু প্রজাগী য়াইফনবা লৈবা রাষ্ট্র অমগী মসুংদা কন্দায়দসু মহাকপু প্রজা অমা ওইনা লৈহনবা য়াবা নত্তে। পাণ্ডবশিংদু পরমেশ্বর ভগবান্‌গী থাজরবা মতুং ঙাক্তনি; শ্রীকৃষ্ণনা তশেংনা কুরুক্ষেত্রগী লাল থোকহনবনি,

তৌবগীবুদি মাগী মরমাই কাম্নবগীদমক নত্তে। মহারাজ যুধিষ্ঠির অমদি মাগী বংশধর মহারাজ পরীক্ষিৎকুম্বা ফিদমক্তাই নিংথৌনা পৃথিবীবু শাসন তৌবন্থু শ্রীকৃষ্ণনা পামখি; মরমদুনা মহারাজ পরীক্ষি কুম্বা দায়িত্ব-থৌবা নিংথৌ অমনা অধর্ম্মগী মরূপ কলিবু মাগী রাজ্যদা পাণ্ডবশিংগী মিংচৎ থীহন্নবগী চাওখৎহনবা পাম্নমদে। রাষ্ট্রদা তৌদ্রিবা অমোংপা থবক মুথৎনবা পাম্বৈদি অদুনি, অতৈ অতৈ অমনা য়াদে। অধর্ম্মগী মরূপ, রাষ্ট্রদগী তাম্থোক্তদোবনি, মদুতনা রাষ্ট্রবু অমোংপা থবক্তগী তাম্থোকপা ওমগনি।

### শ্লোক ৩২

**ত্বাং বর্ত্তমানং নরদেবদেহেষ্বনুপ্রবৃত্তোঽয়মধর্ম্মপূগঃ।**
**লোভোঽনৃতং চৌর্য্যমনার্য্যমংহো জ্যেষ্ঠা চ মায়া কলহশ্চ দম্ভঃ ॥৩২॥**

### শব্দার্থ

ত্বাম্—নহাক; বর্ত্তমানম্—লৈরিমখৈ; নরদেব—মীলাই নত্রগা নিংথৌ; দেহেষু—হকচাওদা; অনুপ্রবৃত্তঃ—মকম খুদিংদা ওইরগনি; অয়ম্—মসি পুম্বা; অধর্ম্ম—নত্তবা ধর্ম্ম; পূগঃ—পুন্নমক্তা; লোভঃ—মীপোৎ-মীরল পাম্বা; অনৃতম্—ওইদবা ৱাঙাং; চৌর্য্যম্—হুরানবা; অনার্য্যম্—হৌন-খঙদবা; অংহ—থাজবা মাঙহনবা; জ্যেষ্ঠা—অলক্ষ্মী; মায়া—লৌনম শোরিবা; কলহ—খৎনবা; চ—অমসুং; দম্ভঃ—নাপল।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অধর্ম্ম কলিবু নিংথৌ ওইহল্লবদি মীপোৎ মীরল পাম্বা, ওইদবা ৱাঙাঙ, হুরানবা, হৌন-খঙদবা, থাজবা-মাঙহনবা, অলক্ষ্মী (লাইবক থীবা), লৌনম-শোরিবা (মায়া), খৎচৈনবা, অমসুং নাপল অসিনচিংবা অধর্ম্ম নীতি ময়ামসে মকম খুদিংদা থোক্লগনি।

### নৈনরোল

ঐথোয়না হান্নানা নৈনখ্রবা ৱাফম, হায়বদি তপ-শৌচ-দয়া-সত্য হায়বা ধর্ম্মনীতিশিংসি ধর্ম্ম খুদিংগী মীশিংনা চৎপা য়াবনি। হিন্দুনা মুসলিমা মুসলিমনা খৃষ্টান হায়বদি ধর্ম্ম অমা থাদোক্লগা অতোপ্পা অমা লৌগদবা নত্তে, হান্নগী ধর্ম্ম থাদোকুনা ধর্ম্মবিরোধী ওইদুনা মথক্কী ধর্ম্মনীতিসি চৎকদবা নত্তে। ভাগবতধর্ম্মনা হায়বদি তপ-শৌচনচিংবা নীতিশিংদবু ইন্নু হায়বনি। হায়রিবা নীতিশিংসে করিগুম্বা ধর্ম্মগী মরমাই ওইবা নিয়ম নত্তে। অসিগুম্বা নিয়মদি মকম মতম য়েংলগা থেন্নানা চৎপা য়াই। ঐশোয়না য়েংগদবা হায়ববু ধর্ম্মগী উদ্দেশ্যশিংদু (পান্দমশিংদু) পাঙথোক্লবরা হায়বসিনি। অশেঙবা নীতিদি পাঙথোক্তগা নিয়ম সূত্র ভাক চৎপনদি করিসু অক্ষবা ওইরোই। রাষ্ট্রগী ধর্ম্ম শরুাইবা অমা থমদবা রাষ্ট্রনা (Secular State) ধর্ম্মদা মীচং-মীথায় নাইদবা য়াই অদুবু রাষ্ট্রদুনা মথক্তা পল্লিবা ধর্ম্মনীতিশিংবু থওইদবদি য়াদে। অদুবু কলিযুগসিদদি রাষ্ট্রগী শাসন-পায়বা মীতাশিংনা হায়রিবা তপ-শৌচনচিংবা ধর্ম্মনীতিশিংসিবু থৌওইনা তৌরোই, মরমদুনা হায়রিবা শাসন পায়বশিংনা য়োকখৎপদগী মীপোৎ মীয়ন্ পাম্বা, ওইদবা ৱাঙাঙ, মীনম-শোরিবা অমসুং হুরান-চীম্বিবনচিংবা অধর্ম্মনীতিশিংসি লৈররগনি, অদুনর্দি রাষ্ট্রদা অমোংপা শাজৎ তোকহল্লবনি হায়দুনা তৌবা প্রচারগী খোল্লাওনদি করিসু কাম্নবা ওইরোই।

শ্লোক ৩৩

ন বর্তিতব্যং তদধর্মবন্ধো
ধর্মেণ সত্যেন চ বর্তিতব্যে।
ব্রহ্মাবর্তে যত্র যজন্তি যজ্ঞৈ-
র্যজ্ঞেশ্বরং যজ্ঞবিতানবিজ্ঞাঃ ॥৩৩॥

শব্দার্থ

ন—নত্তে; বর্তিতব্যম্—লৈবদা মতীকচাবা; তৎ—মরমছুনা; অধর্ম—নত্তবা ধর্ম; বন্ধো—মরূপ; ধর্মেণ—ধর্মগা লোয়ননা; সত্যেন—সত্যগা লোয়ননা; চ—সু; বর্তিতব্যে—লৈরছুনা; ব্রহ্ম-আবর্তে—যজ্ঞ তৌবা লমদম; যত্র—মফমা; যজন্তি—যজ্ঞ তৌগ্রি; যজ্ঞৈঃ—যজ্ঞনা; যজ্ঞ-ঈশ্বরম্—পরমেশ্বর ভগবান্দা; যজ্ঞ—যজ্ঞ; বিতান—শন্দোকপা; বিজ্ঞাঃ—অহৈবশিং।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মরমছুনা অধর্মগী মরূপ-ও, ধর্মগা সত্যগা লোয়নছুনা পরমেশ্বর ভগবান্বু পেলহন্নবা যজ্ঞ-তৌবা হৈবা মীতাশিংনা যজ্ঞ তৌরিবা মফমদা নহাক লৈবদা মতীক চাদে।

নৈনরোল

যজ্ঞেশ্বর হায়রবদি পরমেশ্বর ভগবান্না যজ্ঞ মথল খুদিংমকী অকবা ফল কংহন্নী। অসিগুম্বা যজ্ঞসি যুগ যুগগী তোঙান্বা মওংদা তৌগদবনি হায়না শাস্ত্রশিংদা হায়রি। অমরোমদা হায়রগা যজ্ঞগী অর্থদি ভগবান্না পরম-নি (পুঙথোই থোইবনি) হায়বসি য়াবা অদুগা মদুম য়ারগা ভগবান্বু কীভম পুম্বদা পেলহন্নবা হোৎনবা হায়বসিনি। নাস্তিকশিংনা ঈশ্বর লৈ হায়বা থাজদে, অদুনা মখোয়না ভগবান্গী পেন্নবা হায়দুনা যজ্ঞ তৌনিংদে। ভগবান্না পরম-নি হায়না লৌনরিবা অদুগা যজ্ঞ তৌরিবা মফম নত্রগা দেশ অদুবু ব্রহ্মাবর্ত কৌরি। পৃথিবী তোঙান তোঙান্বা শরক্তা তোঙান-তোঙান্বা দেশ লৈ, অদুগা দেশ খুদিংগী ভগবান্বু পেলহন্নবা যজ্ঞ তোঙান্ তোঙান্বা মওংগী লৈবা য়াই, অদুবু ভগবান্বু পেলহন্নবা রাকম মরুদি শ্রীমদ্ভাগবতম্না লেগী, অদুগা মদুদি অচুম্বা চৎপা হায়বসিনি। ধর্মগী যুক্তম-ওইবা নীতিদি সত্যনি অদুগা ধর্ম পুন্নমকী অয়োখী পান্দমদি ভগবান্বু পেলহন্বা হায়বসিনি। কলি-যুগসিদদি যজ্ঞ খ্যাইগী ওইনা পুঙহেন্-হেন্বা যজ্ঞদি সংকীর্তন যজ্ঞনি। মদুনি যজ্ঞগী বা শন্দোকপদা হৈশিংলবগী মত হায়বদুদি। চৈতন্য মহাপ্রভুনা হায়রিবা যজ্ঞ-মওংসি শন্দোক্লগী; নৈনরিবা শ্লোকসিদগী ঐখোয়না খঙলিবদি—সংকীর্তন যজ্ঞসি কলিবু তাহোক্লবা অদুগা যুগসিগী প্রভাবকী মথা মীওইবনা পোন্দনবগীদমক মফম খুদিংমক্তা তৌবা য়াই হায়বসিনি।

শ্লোক ৩৪

যস্মিন্ হরির্ভগবানিজ্যমান
ইজ্যাত্মমূর্তির্যজতাং শং তনোতি।
কামানমোঘান্ স্থিরজঙ্গমানা-
মন্তর্বহির্বায়ুরিবৈষ আত্মা ॥৩৪॥

### শব্দার্থ

যস্মিন্—অসিগুম্বা যজ্ঞদা; হরিঃ—শ্রীহরি; ভগবান্—ভগবান্; ইজ্যমানঃ—লাৎলিবা; ইজ্য-আত্ম—লাৎমরিবা লাই পূর্ণগী থৱাই (আত্মা) ওইবা; মূর্তিঃ—মওংদা; যজতান্—লাৎলিবা মীতাশিংগী; শম্—য়াইফবা; তনোতি—খন্দোকই; কামান্—অপাম্বশিং; অমোঘান্—লেম্না মাঙদ্রবা; স্থিরজঙ্গমানাম্—অচৎ-চত্ত লোইনমক্কী; অন্তঃ—মনুংদা; বহিঃ—মপান্দা; বায়ুঃ—নুংশীৎ; ইব—গুম্না; এষঃ—মখোয় লোয়নমক্কী; আত্মা—আত্মা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

করিগুম্বা মতমদা দেবতা অমবু পূজা তৌবা তাররহ্ যজ্ঞ পূর্নমক্তা পরমেশ্বর ভগবান্ শ্রীহরিবু পূজা তৌবনি মরমদি ভগবান্দি মীপুম খুদিংগী পরমাত্মানি অদুগা নুংশিংকুম্না নুং-পান্ অনীমক্তা লৈরিবনি। মতৌ অসুম্না ভগবান্ মহাক্কনা যজ্ঞ-তৌবা মীদা মঙ্গল পীবনি।

### নৈনরোল

করি করিগুম্বদা ইন্দ্র, চন্দ্রনচিংবা দেবতাশিংবু পূজা তৌদুনা যজ্ঞগী পোৎলম কৎনবা উই, অদুম্না ওইনমক মখোয়দু পেন্নবা যজ্ঞ তৌরগা ফংগদবা ফল মনাদি পরমেশ্বর ভগবান্না যজ্ঞ-তৌবা মীদুদা পী, যজ্ঞতৌবা মীগী মঙ্গল পীবদি ভগবান্ মথন্তননি। দেবতাশিংবু পূজা তৌবা ওইরবসু ভগবান্গী য়াথং নত্তনদি দেবতাশিংদুনা করিমতা তৌবা ঙমদে মরমদি অচৎ-চত্ত পূর্নমক্কী ভগবান্না পরমাত্মা অন্তর্যামীনি।

ভগবদ্গীতাদা (৯/২৩) ভগবান্ মশামক্না বা অসি হায়খিবনি মথাগী শ্লোকসিদা :—

যেঽপ্যন্যদেবতা ভক্ত যজন্তেশ্রদ্ধয়ান্বিতাঃ।
তেঽপি মামেব কৌন্তেয় যজন্ত্যবিধিপূর্বকম্ ॥ ২৩ ॥

"হে কুন্তীগী মপারি, অতৈ দেবতাশিংদা থাজ থাজনা কৎলিবা পোৎ খুদিংমক ঐঙোন্দদা য়োনবনি; অদুবু মখোয়না কৎপগী মরম শোংনা থঙদবমথে কৎলী।"

তশেংবা বা হায়রগদি পরমেশ্বর ভগবান্দি অমরক্তবনি (মাঙক্না অনী তদবনি)। ভগবান্ মশামক নত্তনা অতৈ ঈশ্বর অমা লৈত্রবনি। মতৌ অদুম ওইবনা পরমেশ্বর ভগবান্দি মতম পূম্বদা প্রাকৃত সৃষ্টিগী বাংমদা লৈবনি। অদুবু মসিং, বা অমদি ইন্দ্রনচিংবা দেবতাশিংবু লাৎপা মী য়াম্না লৈ; দেবতাশিংসে ভগবান্গী প্রাকৃত প্রতিনিধি ঙাক্লি, হায়বদি মখোয়সি ভগবান্গী প্রাকৃত গুণগী ওইবা মচুৎনি। অদুম ওইনমক পণ্ডিত নত্রগা ভক্তনদি কশানা কনানো হায়বদু খঙঙী। মরমদুনা ভক্তদি সাক্ষাৎ ভগবান্বু লাৎলী, অদুনা ভগবান্গী প্রাকৃত গুণগী ওইবা প্রতিনিধি দেবতানা ভক্তগী পূজাং চিংশন্বা ঙমদে। লাইরীক হৈতবশিংনা প্রাকৃত প্রতিনিধি দেবতাশিংবু লাৎলী, অদুবু মখোয়গী ইত্তাৎ-পূজা মতৌদু মওং নাইদবনি অদুগা নিয়ম-নাইদবনি।

### শ্লোক ৩৫

সূত উবাচ
পরীক্ষিতৈবমাদিষ্টঃ স কলির্জাতবেপথুঃ।
তমুদ্যতাসি মাহেদং দণ্ডপাণিমিবোদ্যতম্ ॥ ৩৫ ॥

### শব্দার্থ

সূতঃ উবাচ—শ্রীসূত গোস্বামীনা হায়রম্মী; পরীক্ষিৎতা—পরীক্ষিৎ মহারাজনা; এবম্—মতৌ অসুম্না; আদিষ্টঃ—য়াথং তাউথরম্মী; সঃ—মহাক; কলিঃ—কলি; জাত—পোকখি; বেপথুঃ—মীকপা (জাতবেপথুঃ—থক থক নিক্লবা); তম্—মহাকপু; উদ্যত—হাইগৎখি; অসিম্—থাঙ; (উদ্যত-অসিম্ —থাঙ হাইগৎলবা মহাকপু); আহ—হায়খি; ইদম্—অসি; দণ্ডপাণিম্—যমরাজনা; ইব—ঙবা; উদ্যতম্—শেম্শারম্লবা ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সূত গোস্বামীনা হায়রম্মী—মহারাজ পরীক্ষিৎনা অসুম্না য়াথং তাউথরম্লবদা কলিহ্ কিবনা থক থক নিকপা হৌখি । নিংথৌবু কলিনা মমাঙদা যমরাজগুম্না মহাকপু হাংকদোবগী থৌরাংবা উবদা নিংথৌদা হায়রকখি ।

### নৈনয়োল

নিংথৌনা হায়বা য়াথং হেক ইন্দবগা কলিবু খুদক্তা হাংনবা শেমশাহুনা লৈখি । নত্রগদি কলিনা পুন্সি শাংথনা লৈবদা নিংথৌনা কস্নিহ্ য়েংনগাই লৈরমদে । কলিহ্ শাস্তিহ্ ফংদনবা মওং মওং হোৎনরবা মতুঙদা নিংথৌদা চঙজদবা য়াক্ত্রে হায়না মপূক্তিও চপ লেপখি; মতৌ অসুম্না মহাক শিগত্রা হায়না কিবদগী মহাক নীকপা হৌখি । নিংথৌনা যমরাজগী মতৌগুম্না কলিগী মাঙদা লেপ্পা ওয়বগী পাজল মকলহ্ য়োনা কন্গদবনি । নিংথৌগী য়াথংহ্ ইন্দবা য়ারমদে, নত্রগদি মরাম্লেবা মাগী মথবাইহ্ লক্লিদা লৈরম্মী । রাষ্ট্রগী প্রজাশিংগী চুম্নী লৈজবা পুন্সিদা অকায়বা থোকহন্নিবা কলিবু শাসন তৌনবা উপায়দ্রি অহুনি ।

### শ্লোক ৩৬

**কলিরুবাচ**
**যত্র ক্ব বাথ বৎস্যামি সার্ব্বভৌম তবাজ্ঞয়া ।**
**লক্ষয়ে তত্র তত্রাপি ত্বামাত্তেষুশরাসনম্ ॥ ৩৬ ॥**

### শব্দার্থ

কলিঃ উবাচ—কলিনা হায়রম্মী; যত্র—মফমহুবা; ক্ব—কদায়দনো অমদা; বা—নত্রগা; অথ—মতুংদা; বৎস্যামি—ঐ লৈগনি; সার্ব্বভৌম—হে নিংথৌরেন; তব—নহাক্কী; আজ্ঞয়া—য়াথংনা; লক্ষয়ে—ঐনা উই; তত্র তত্র—মফম মফমদুম্না; অপি—সু; ত্বাম্—নহাকপু (মহারাজবু); আত্ত—লৌখৎলবা; ইষুঃ—তেন্জৈ; শরাসনম্—তেন ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে মহারাজ, নয়াথং তুংইন্না ঐনা মফম অমদবু ওইরবসু অমদবু ওইররসু লৈফবদা ঐনা য়েংথোক-য়েংথোকখিবদা মহারাজবু লীরং-তেন্দোং পায়রুনা লৈরে হায়না উই ।

### মৈনরোল

মহারাজ পরীক্ষিৎপু পৃথিবী পুম্বা লৈরিবা দেশ পুম্নমকী নিংথৌরেল ওইনা কলিনা উরম্মী; মরমসিনা মহারাজ লৈরকপা মফম পুদিংমক্তা নিংথৌশিং পুম্নমক মতাংদু চপমান্নবা মওংদা থেংনবা তাখি। কলি হায়রবসিতবু মাওতাক্নবা হায়রবনি, অদুগা মহারাজ পরীক্ষিৎসু মাও-তাক্নবা তৌবা মী পুম্নমকপু থোইদোক-হেন্দোক্লা কলিতবু নমথুনবা লৈবনি। মরমদুনা কলিবু থেংনরিবা মফমদুদা হাংতোকপনা শ্লোক কৈ মফম অতোপ্পা অমদা হাংপগী শরুকপুদি। অদুবু শক্তা হায়রদুনসু হৌজিক্তি কলিদু নিংথৌদা চঞ্জরক্লে অদুনা মতমসিদা নিংথৌনা করি তৌকম থোকপগে হায়রবদু তৌবা তারে।

শ্লোক ৩৭

**ত্বয়া ধর্মভৃতাং শ্রেষ্ঠ স্থানং নির্দ্দেষ্টুমর্হসি।**
**যত্রৈব নিয়তো বৎস্য আতিষ্ঠংস্তেঽনুশাসনম্ ॥৩৭॥**

### শব্দার্থ

ত্বং—মরমদুনা; যে—ঐগোন্দা; ধর্মভৃতাম্—ধর্ম-ঙাকপশিংগী; শ্রেষ্ঠ—হে অথোইবা; স্থানম্—মফম; নির্দ্দেষ্টুম্—লেপ্নবা; অর্হসি—তৌবিকম থোকরি; যত্র—মফমদুদা; এব—লেপ্পমক; নিয়তঃ—মতম পুম্বদা; বৎস্যে—লৈবা য়াই; আতিষ্ঠন্—মতম পুম্বা খিন্বা ওইনা; তে—নহাকী; অনু-শাসনম্—শাসন মথাদা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ধর্ম ঙাকশেন্বলক্তা হে অথোইবা, নহাকী শাসন মথাদা ঐহাক মতমপুম্বা নে তানা লৈবা য়াবা মফম অমত্তা ঐগোন্দা তাকপিয়ু।

### মৈনরোল

কলিনা মহারাজ পরীক্ষিৎপু ধর্ম-ঙাকশেন্বা মীশিংগী মরক্তা অথোইবা হায়না সম্বোধন তৌখি, মরমদি নিংথৌদি চঞ্জরকপা মীবু হাংতে। চঞ্জরকপা মীবু য়েক্লবা ওইদুনসু ঙমথে ঙাকশেন্নবগদবনি। মদুনি ধর্মনীতি হায়রবদু। পরমেশ্বর ভগবান্না মগোন্দা য়েক্লবা অমা ওইনদি নত্তনা অদুগা মনাই ভক্ত অমা ওইনা চঞ্জরক্লবা মীবু করম হায়না ঙাকশেন্নী হায়রবদু ঐথোরুগী বাখল্লা লাম্বা ঙম্মী। ভগবান্না মগোন্দা চঞ্জরকপা জীববু পাপ পুম্নমক্তগী অদুগা তৌরবা পাপকী ফল পুম্নমক্তগীসু ঙাকশেন্নী (ভগবদগীতা ১৮। ৬৬)।

শ্লোক ৩৮

**সূত উবাচ**
**অভ্যর্থিতস্তদা তস্মৈ স্থানানি কলয়ে দদৌ।**
**দ্যূতং পানং স্ত্রিয়ঃ সূনা যত্রাধর্মশ্চতুর্বিধঃ ॥৩৮॥**

### শব্দার্থ

সূতঃ উবাচ—সূত গোস্বামীনা হায়রম্মী; অভ্যর্থিতঃ—অদুম্না হজক্চরক্লবদা; তদা—মতমদুদা; তস্মৈ—মগোন্দা; স্থানানি—মফমশিং; কলয়ে—কলিদা; দদৌ—পীখি; দ্যূতম্—জুবা শায়বা; পানম্ (যু) থকপা; স্ত্রিয়ঃ—নুপীশিংগা (সজ তৌবা); সূনা—জীব হাৎপা; যত্র—মফমদুদা; অধর্মঃ—অধর্ম (পাপ); চতুর্বিধঃ—মথল মরি।

## মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সূত গোস্বামীনা হায়রমী—মহারাজ পরীক্ষিৎতো মতোন্দা অদুগুম্বা কলিনা হন্জচরক্লকদা জুবা শাম্লকম, য়ু থককম্, ওক্তবীগী লৈকম অমদি শাহাৎশঙবা কলিবু লৈয়ু হায়না মকন পীখি।

## লৈনরোল

অধর্মগী মূল-নীতি নাপল, ওক্তবী থনবা, ময়াইক্কাবা পোৎ শীজরবা, অমসুং ওইদবা ঙাওবা হায়বা মরিসিনা ধর্মগী নীতি মরিগা হায়বদি তপ. শৌচ, দয়া অমসুং সত্য হায়বসিগা মায়-য়োক্লা থবক তৌয়ি। নিংথৌনা তাকপা মকম মরিদা হায়বদি জুবা শাম্লকমদা, ওক্তবীশঙদা, য়ু-থককম্দা অমসুং শাহাৎশঙবা কলিবু লৈয়ু হায়না য়াথং নিংথৌনা পীখি।

শ্রীল জীব গোস্বামীনা হায়—শাস্ত্রগী নীতি কয়ানা য়ু-থকপা হায়বদি 'সৌত্রামাণি যজ্ঞ' নত্তবা, অদুগা লুহোংদবা মুপীগা লোয়নবা, শাস্ত্রবিধি কায়না শা-হাৎপা হায়বা থবকশিংসে অধর্মগী নীতি ওয়াক্লি। বেদদা প্রবৃত্তশিংগীদমক অদুগা নিবৃত্তশিংগীদমক হায়দুনা মথল অনীগী বিধি তাক্লি। প্রবৃত্ত হায়বদি মায়া-লাংদা থুরিবশিংবু হায়বনি অদুগা নিবৃত্তনা মায়া-লাংদগী মুক্তি ফংলবশিংবু হায়বনি। প্রবৃত্তশিংদা তাকপা বেদগী নিয়মদি মুক্তিগী লমদাং পাওদুনা য়োক্লিবকাওবা অসুম অসুম চথনবা থবক তৌনবা হায়বনি। মরম অদুনা তমঃ গুণগী থ্বাইদগী নেম্বা থাক্তা লৈবা অমসুং য়ুনে, মুপীনে অমসুং শা-ঙানে অসিদা লুপপ্রবা মীগীদমক সৌত্রামাণি যজ্ঞ তৌদুনা য়ু থকপা, লুহোংদুনা মুপী লোয়নবা অদুগা যজ্ঞ তৌরগা শা চাবা হায়বসি য়াই হায়না কয়িগুম্বদা বেদনা হায়। অসি বেদবিধিশিংসি মীতা থরগীদমক হায়বনি, মী পূম্নমকীদমক হায়বা নত্তে। মীতা মথল থরগীদমক হায়বা বিধিনিনা মথোয়সি প্রবৃত্তশিংনা তৌবদা অধর্মনি হায়না লৌনদে। কনাগুম্বা অমগী চীঙাক্তু অতোপ্পা অমগী হু ওইবা য়াই; মতৌ অদুগুম্বা তমঃ গুণ-চেন্‌বা মীগী য়াই হায়বা চীঙাক্তু সত্বগুণগী মীদদি হু ওইবা য়াই। মরমদুনা শ্রীলজীব গোস্বামী প্রভুনা হায়—মোইমোকপা থাক অমগী মীশিংগীদমক লৈবা শাস্ত্রবিধিদু অধর্ম নত্তে। অদুবু অদুগুম্বা থবকশিংদি মওইবা হায়রগদি অধর্মনি মথোয়বু থক থোৎপৎদুনা য়োককদে। শাস্ত্রনা য়াই হায়রম্বা থবকশিংদো অধর্মবু থোপৎনবা নত্তে, তঙাইফদ্রবা অধর্মবু নিয়ম অমা নাইনা তৌহনগা ধর্মগী লম্বীদা পুন্সাক্রনবীদমক্লি।

মহারাজ পরীক্ষিৎকী মতৌ তমদুনা নিংথৌ নত্রগা রাষ্ট্রপতি ওইবা মী থুদিংমক্তা রাষ্ট্রনা তপ-শৌচ-দয়া-সত্য হায়বা ধর্মনীতিসি লিংনবা হোৎনবগা লোয়ননা অধর্ম-নীতিশিং হায়বদি নাপল, মুপীগা লোয়া সজ তৌবা নৎত্রগা ওক্তবী থনবা, ময়াইকাবা পোৎ চাবা-থকপা, অমসুং ওইদবা ঙাওঙ—মথোয়সিবু অয়েকবা উপায় পূম্নমক শীজরদুনা থিংননবা হোৎনগদবনি। তঙাই-ফদ-কয়গা, কলিবু জুবা-শাম্লকমদা, য়ু-থক্কমদা, ওক্তবীশঙদ। অমদি শাহাৎশঙদা লৈহনখিবা য়াই, কয়িগুম্বা হায়রিবা মকমশিংসি ফংলবোইদি। অসিগুম্বা অধর্মদা লুপ্নবা মীশিংগী শাজৎ কত্তবশিংসে শাস্ত্রগী বিধিনা নিয়ম ওইনা ফাজনদুনা থবা য়াই। য়ারিবয়থৈ কত্তবা শাজৎশিংসিবু থোগৎপা থুকচুম্ চুম্নদে। অনোমদা হায়রগা, রাষ্ট্রনা জুবা শাম্লবা মওং লোইনমক, য়ু থকপা মথল পুম্বা, মুপীগা লায়বা মওংদা লজ তৌবা, অহুনা ওইদবা ঙাওঙ ঙাওবা পূম্নমক পুম্নখিং থিংবা চুবনি। অধর্মবু মুৎহল্লীংবা রাষ্ট্রনা মথাদা হায়রিবা মওংগী ধর্মনীতিশিংসি চৎহন্নবা তৌবা চুমী।

(১) থা অমগী মতুংদা সুমীৎ নীনী চহী হেন্‌বা, নীনীদগী হেনগৎপা ঙমজবস্‌ (তপ)। অর্থনীতিগী মায়কৈদগী য়েংলবস্‌, থা অমগী মতুংদা চহী-হেন্‌বা সুমীৎ নীনীসিনা রাষ্ট্রগী চীঙাক টোন কয়ামুক হিংগনি; চহী হেন্‌বা হায়বা ব্রতসিনা হকচাঙস্‌ কন্‌নগনি।

(২) মুপানা চহী কুমনিগুবদা অহুগা মুপীনা চহী তরাতরুকগুবদা লুহোংখোকপিগদবনি। মুপামচাশিংবু অমসুং মুপীমচাশিংবু লুহোংলবা লুহোংলবী ওাক ওইরবদি মুপা মুপী পুম্না স্কুল-কলেজদা লাইমিক তম্মিন্নবা য়াই। অহুগা কনাগুম্বা ছাত্র অমগা ছাত্রী অমগা মুংশিনরবদি মখোয়হুনা লমচৎ নাইশন্নকনবা নিয়ম চুম্না লুহোংখোকপিগদবনি। মুপা-মুপী খাইনবা য়াবগী আইয়া ওকুবী থন্‌বা হেন্‌গৎহন্‌বনি, অহুনা খাইনবগী আইনবু লৌথোকপনা চুম্মি।

(৩) রাষ্ট্রদা হায়বদি মীওইবগী সমাজলক্তা আধ্যাত্মিক ওইবা ইরাং অমা ওইহন্নবা হায়হুনা প্রজাশিংনা মরম্নাই তান্নকপা চাগা অহুগী তংখাই অমা লম্নাই লম্নাই ওইরবস্‌ নৎত্রগা ময়াম পুম্নপ ওইরবস্‌ চাদিং তৌহুনা দান তৌথোকদবনি মখোয়না (ক) কর্মযোগ তৌহুনা হায়বদি ভগবান্‌গী পেন্নবগীদমক থবক খুদিংমক তৌহুনা, (খ) মতীক-চাবা চৎনরবা মীতাদগী নৎত্রগা আত্মা উপলব্ধি-তৌরবা মীতাদগী শ্রীমদ্ভাগবতম্‌ নিয়ম নাইনা শ্রবণ তৌহুনা, (গ) য়ুমদা নৎত্রগা লাই-খুরুমকম শঙদা ময়াম তিন্নহুনা ভগবান্‌গী যশ-গান তৌহুনা, (ঘ) শ্রীমদ্ভাগবতম্‌ প্রচার তৌরিবশিংদা সেবা মখল শুনা তৌহুনা, (ঙ) অহুগা কৃষ্ণভাবনা ইরাংনা থল্লবা মকমদা বাস তৌহুনা ভাগবতয়া তাকপা ধর্মনীতিশিংহু প্রচার তৌগদবনি। হায়রিবা মওংসিদা রাষ্ট্রগী শাসন চালাইরবদি মকম খুদিংদা কৃষ্ণ ভাবনামৃত লৈগনি।

লাম্লোনবগী অচৌবা থৌরাং য়াওনা জুবা মখল পুম্ববু লৈথা তানবগী মশক্তি হায়না খন্‌গদবনি। রাষ্ট্রদা জুবা শান্নববু থৌগৎলবদি সত্য (অচুম্বা) হায়বহু পুম্নাঙ মাঙপ্রগদৌরবনি। মথক্তা পন্‌ব্রবা চহীমতাঙ অহু লান্‌থ্রবকাওবদা মুপা-মুপীবু লুহোংদবমখৈ লৈহন্‌বহু থিংগদবনি তহুগা শাহাং মখল খুদিংমকস্‌ থিংগদবনি। শাজাবা মীতাশিংহু শান্নবা তাকপা নিয়মদা শা চাহন্‌বা য়াই, নৎত্রগদি শা চাবা থিংগদবনি। মখল পুম্বগী নেশা হায়বদি চুরুপ থকপা, হীদাক-মনা উম্‌শান্নবা, চা থকপা কাওবা য়াওনা থিংগদবনি।

## শ্লোক ৩৯

**পুনশ্চ যাচমানায় জাতরূপমদাৎপ্রভুঃ।**
**ততোঽনৃতং মদং কামং রজো বৈরং চ পঞ্চমম্‌ ॥ ৩৯ ॥**

### শব্দার্থ

পুনঃ—অমুক হন্‌; চ—সু; যাচমানায়—নিয়বা মীদা; জাতরূপম্‌—সনা; অদাৎ—পীরম্মী; প্রভুঃ—নিংথৌনা; ততঃ—মহুদগী; অনৃতম্‌—ওইদবা, মীনমথোরিবা; মদম্‌—মন্নাইকাবা; কামম্‌—মুপী-মুপা পান্নবা; রজঃ—মিহোৎবগী ইরাং; বৈরম্‌—য়েক্নবা; চ—সু; পঞ্চমম্‌—মঙাশুবা অমা।

### বৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কলিনা মকম থরগা অমুক নিজম্মী, মহাক্না অহুম্না নিয়বদা সনা লৈবা মকমদা বাস তৌ হায়না নিংথৌনা মাংগৎ তাউথরম্মী, মরমদি সনা লৈবা মকমদা ওইদবা, মন্নাইকাবা, মুপা-মুপী পাম্বা, কন্নক-মিহোৎবা অমসুং য়েংথিনবমচিংবা লৈ।

নৈনরোল

মহারাজ পরীক্ষিৎনা মকম মরিদা বাস তৌবা য়াগনি হায়রবগী য়াথং কলিনা পীরবদা হায়রিবা মকম মরিদু থিবদা য়ায়া য়াবা অমা ওইখি, মরমদি মহারাজ পরীক্ষিৎনা পাল্লিরিউদি হায়রিবা অহু-গুম্বা মকমদো অমত্তা লৈরমদে। মরমদুনা কলিনা মাখী কত্তবা থবক মরমশিংদুগী শীজনবা য়াগদবা গোত্তা অমত্তং পীবিয়ু হায়না নিংথৌদা হংখি। মদুনা নিংথৌনা কনা লৈবা মফমদা লৈয়ু হায়না কলিদা য়াথং পীখি, মরমদি সনা লৈবা মকমদা মথক্তা শনুখিবা অধর্মগী পোৎলম মুক্তিদুনু লোয়নবা লৈ, অদুগী মথক্তা য়েংথোকনবা হায়রদুনু য়াওনা লৈ। মরমদুনা সনানা কলিগী শক্তোবা হায়রদু ওইরে। শ্রীমদ্ভাগবতমগী মতুং ইন্না, সনানা ওইরবনু, ময়াইকায়বনু (নেশাবু), বেশ্যাগী লমচংপু, কলহ; মিহৌবনু অমসুং য়েংথোকনবনু হেক্তংহল্লী। সনাগী চাং তুংইন্না রাষ্ট্র মশেলগী মুদ্রাবিনিময় (*exchange*) তৌরিবা অমসুং শেল চংনহল্লিবা অসিসু কত্তবা অমনি। সনাগী চাংনা মকম ওইরগা শেল চংপসিসু ওইদবনা য়ুমকম ওইরগা চংনরিবনি, মরমদি লৈপাক্তা চাইথায়দুনা চংনরিবা শেলশিংগা মদুগী ভাক্তো ওইনা তুংশন্দুনা থম্বা সনাগা চাং মান্নদে। মূলনীতিদি ওইদবা (অসত্য) হায়রদুনি মরমদি চেগী শেল চংনহল্লিবসিগী মমল্দি তশেংবা ভাক্তো সনা তুংশিল্লিবদুগী মমলদগী হেল্লী। অসুম্না লৈবাকী অওম্বশিংনা থুংশেম্না মমল কাহনবসিনা রাষ্ট্রগী চাগা-চাদিংগী মতাংদা অকায়বা থোকহল্লী। অয়োনপোৎকী মমল কাথংলকয়ি শেলগী মমল থুংশেম্না কাথংলকপা মরম্না। থুংশেমগী শেম্নাংনা শেনশেংবু তাম্বোকয়ি। চেগী শেল শীজনবগী মতুত্তা সনাগী শেল শীজনগদবনি রাষ্ট্রমশেল শেল্ ওন্ তৌবদা, মতুদনা শেরায়না সনা শীজনবা থিংবা য়াগনি। মুপীগী সনানা শাবা লীক্-কোনশিংসু মগুন্না চাংদমদুনা পীবগী মতুত্তা মশীত্তনা চাংদমদুনা পীগদবনি। মতুতদা কাম (পাস্বা), কলহ্ মিহৌবা অমদি য়েংথোকনবা হংহনপগনি। অশেত্তবা সনাগী শেল মরেক চংনরবদদা সনানা ওইদবনু, ওক্তবী শাজংনচিংবনু থোকহনদু ময়াইনা অহুম তোকচখিগনি। অদু ওইরবদি অমোৎপা শাজং থিংনবা মত্রী হাপত্রবসু য়ারে।

শ্লোক ৪০

অমূনি পঞ্চ স্থানানি হ্যধর্মপ্রভবঃ কলিঃ।
ঔত্তরেয়েণ দত্তানি ন্যবসৎ তন্নিদেশকৃৎ ॥৪০॥

শব্দার্থ

অমূনি—মথোয়; পঞ্চ—মঙা; স্থানানি—মফমশিং; হি—লেপ্পমক; অধর্ম—অধর্ম; প্রভবঃ—থোগংলিবা; কলিঃ—কলিনা; ঔত্তরেয়েণ—উত্তরাগী মচানুপা; দত্তানি—পীবা; ন্যবসৎ—লৈখি; তৎ—মহাক্না; নির্দেশকৃৎ—য়াথং-ইনবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অধর্মবু য়োকখংপা কলিদু উত্তরাগী মচানুংতো পরীক্ষিৎনা পীখিবা মকম মঙাদুদা মহাক্না য়াথং ইন্দুনা লৈখি।

নৈনরোল

মতৌ অসুম্না সনানা চাংকক ওইরগা কলিযুগ হৌখি, মরমদুনা মীনম-শোরিবা, নেশা-চাবা, জীব-হাৎপা অমদি ওক্তবীগী শাজং অসি য়ালেম শীজৎনা লৈথকলকয়ি অদুনা জ্ঞান-তাবা মীওাশিংনা অমোৎপা শাজং তোকহন্নবা থোয়রাক্তী। অমোৎশবু তোকহন্নবা পাথৈ থরা মথক্তা আশ্রমে, মীপুম থুদিংনা ভাগ্নিবা পাম্বৈশিংসি শীজনবগী তাঞ্জা লোবা য়াই।

## শ্লোক ৪১

**অথৈতানি ন সেবেত বুভূষুঃ পুরুষঃ কচিৎ।**
**বিশেষতো ধর্মশীলো রাজা লোকপতির্গুরুঃ ॥ ৪১ ॥**

### শব্দার্থ

**অথ**—মরমসিনা; **এতানি**—মখোয়সিং; **ন**—নত্তে; **সেবেত**—মরী থনবী; **বুভূষুঃ**—অকাপ্পম্-থিবা; **পুরুষঃ**—মীনা; **কচিৎ**—কদৌঙৈদসু; **বিশেষতঃ**—খোইদোক হেন্দোক্না; **ধর্মশীলঃ**—ধর্ম লৈবা; **রাজা**—নিংথৌ; **লোকপতিঃ**—দেশগী নেতা (লুচিংবা); **গুরুঃ**—ব্রাহ্মণশিং অমসুং সন্ন্যাসশিং।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মমসিনা অকাপ্পম্-পাম্বা মীশিংনা খোইদোক হেন্দোক্না ধর্ম-লৈবা মী, নিংথৌ, লৈবাক্কী লুচিংবা, গুরু হায়বদি ব্রাহ্মণশিং অমসুং সন্ন্যাসীশিংনা মথক্তা পনখিবা অধর্মনীতি মরিসি শক্লকবা চুমদে।

### নৈনরোল

ব্রাহ্মণশিংনা বর্ণ পুম্নমক্কী শিক্ষাগুরুনি। মতৌঅদুগুম্না নিংথৌগা মীয়ামগী লুচিংবগসু সাধারণ প্রজাগী লম্দমগী য়াইফনবা দায়ীনি। ধর্মগী লম্বীদা কাথৎলক্লিবা অমসুং দায়িত্ব-থৌবা মীতাশিং নংত্রগা মমল-য়াম্বা মীওইপোক অসিবু অরেম্বদা মাঙহন্নীংদবা মীতাশিংনা অধর্মগী থবকশিং, খোইদোক হেন্দোক্না মীতু-মীবাগ। মরী লৈনবা হায়বা থবকসি তৌরদে। ব্রাহ্মণ অমনা ওইদবা হায়বসি (অন্নত) চৎলবা খুদক্তা ব্রাহ্মণগি হায়বগী দাবীদু মাঙলবনি। সন্ন্যাসী অমনা নুপীগা লোয়্না মরী থম্লবদি মানা সন্ন্যাসী অমনি হায়বগী দাবীদু মীনম্বনি। মতৌ অদুগুম্না, নিংথৌ অমনা নৎত্রগা জন-নেতা অমনা য়ু অমসুং মৈথু থকপা হৈনরগদি লোক-কল্যাণগী থবক্তীদমক্তি মখোয় তশেংনা মতীক চাত্রবনি। সত্য হায়বসি ধর্ম পুম্নমক্কী য়ুম্ফম ওইবা নীতিনি। সমাজগী নেতা মথল মরি হায়বদি সন্ন্যাসী, ব্রাহ্মণ, নিংথৌ অমদি জন-নেতাশিংবু মখোয় মখোয়গী লমচৎ অমসুং মতীক ময়াইগী মচাওত্ত্ব মৈয়িকপা সনাবু ফুদোংদুনা য়েংবগুম য়েংশন্দুনা পরীক্ষা তৌগদবনি। দীক্ষাগুরু নত্রগা অতৈ হিরমগী গুরু ওইনা কনাগুম্বা অমবু লৌত্রিঙৈগী মাঙদা মথক্কী লমচৎ-চাংয়েংনা মাবু পরীক্ষা তৌগদবনি। হায়রিবা জন-নেতাশিং বিদ্যাগী গুণ-রাৎপা মী ওইরম্বা য়াই, অদুবু জুবা শাম্নবা, য়ুরাংবা, ওক্কবী লোয়নবা অমসুং শাহাৎপা হায়বা অধর্ম মথল মরিসিনা মোৎহন্‌বা ওম্‌দবা হায়বসি মরু ওইনা য়েংদবা য়াত্রবনি।

## শ্লোক ৪২

**বৃষস্য নষ্টাংস্ত্রীন্ পাদান্ তপঃ শৌচং দয়ামিতি।**
**প্রতিসন্ধত্ত আশ্বাস্য মহীং চ সমবর্ধয়ৎ ॥ ৪২ ॥**

### শব্দার্থ

**বৃষস্য**—শল্লাবগী (ধর্মগী); **নষ্টান্**—মাঙখ্রবা; **ত্রীন্**—অহুম; **পাদান্**—খোঙ; **তপঃ**—তপ; **শৌচম্**—অমাঙ-অশেঙগী শেংবা; **দয়াম্**—মীগুংশি; **ইতি**—অসুম্না; **প্রতিসন্দধে**—অমুক পাল্লকখি; **আশ্বাস্য**—থৌগৎতুনা; **মহীম্**—পৃথিবীবু; **চ**—অমসুং; **সমবর্ধয়ৎ**—মপুঙ ফানা চাওখৎহনখি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অহুদগী মহারাজ পরীক্ষিৎনা শন্নাবগী শক্লৌবা ধর্মগী তপ, শৌচ অমসুং দয়া কৌবা মাঙলুরবা মখোঙ অহুমহু অমূক পালহনখি। পৃথিবীবুসু যৌগৎতুনা চাওখৎহনখি।

নৈনরোল

কলিগীদমক থোইদোকপা মকম খন্না তারুগা মহারাজ পরীক্ষিৎনা চাননা কলিবু নমথাকখি। কলিনে (শন্নাবগী শককমদা) ধর্মনে অহুগা (শন্নোম শক্তমদা) পৃথিবীনে—অহমগী মাঙদা, নিংথৌনা মাগী রাজ্যগী সাধারণ অবস্থা করম তৌগে হায়বহু ভাব-না শাগৎলম্মী; মরমহুনা মহাক্না শন্নাবগী মখোঙ অহুম হায়বদি তপ, শৌচ, দয়াবু অমূক হন্না হাপচন্নম্মী। পৃথিবীদা লৈবা সাধারণ প্রজাগী য়াইফনবগীদমক তুঙলিবা সনাহু লেঙদবা মওংদা শীজন্নবা য়াই। সনা হায়বসিনা তশেংবদি ওইদবা, নেশা, ওক্তবী খনবা, মহৈ-মহৈ রেংথিনবা অমদি হাৎন-শুনববু পোকহল্লি, অহুবু মতীক চাবা নিংথৌ নত্রগা জন-নেতা নত্রগা ব্রাহ্মণ নত্রগা সন্ন্যাসী অমনা লমজিংলগদি হায়রিবা সনাসিমকপু শন্নাবগী শক্লৌবা ধর্মগী মাঙলুরবা মখোঙ অহুমহু হনজন্নবা মতীক চানা শীজন্নবা য়াই।

মরমহুনা মহারাজ পরীক্ষিৎনা মবুথৌ অর্জুনগুম্না কলিগী ইন্দ্রিয় পেম্নবা শেরান্নবা পান্থৈনা থোমজন্নম্বা সনা পুন্নমক লৌশন্নগা শ্রীমদ্ভাগবতম্‌ তাকপা মওংদা সঙ্কীর্তন-যজ্ঞ তৌবদা শীজন্নখি। ঐখোয়না হান্নাা হায়ব্রে, কনাগুম্বগী তুঙশনবা মরল অহু শক্তক অহুম খোক্না খায়দোক্কদবনি, হায়বদি চামগী শক্তক তখাই অমনা ভগবদ্-সেবাদা, চামগী মসুঙদা ২৫ গী শক্তক অমনা ইমুং মচুংগীদমক, চামগী ২৫ অমনা মীহু মরন্নাই শীজন্ননবগীদমক ওইনবা খায়দোক্কদবনি। ভগবদ্-সেবাগীদমক হায়বদি আধ্যাত্মিক জ্ঞান সমাজদা প্রচার তৌনবা সঙ্কীর্তন যজ্ঞ তৌনবগীদমক অরৈবা শেল তখাই অমা চাদিং তৌবদি মীওইবনা চেনকম থোকপা দয়া হায়বহু মপুঙ ফানা উৎপনি। পৃথিবীদা লৈরিবা মীশিংসি অয়াম্বনা আধ্যাত্মিক জ্ঞানগী মরমদা ইখঙ খঙদে, খোইদোক-হেন্দোক্না ভগবান্‌গী লৈগদবা প্রেম-ভক্তি হায়বহু অয়াম্বনা খঙদে। মরমহুনা প্রেম-ভক্তি হায়বা পারমার্থগী জ্ঞান অহু প্রচার নিয়ম নাইনা তৌবহুনা মী অমনা জগৎসিদা উৎপা ওম্বা খ্বাইদগী হেনবা দয়া ওইগদবনি। ভগবদ্-সেবাগীদমক কনাগুম্বগী লম্নাই তুংশঙ্কবা সনাগী শক্তক তখাই অমা কখোক্কদবনি হায়বসি মীপুম খুদিংদা তম্বীবা মতমহুদা তপ, শৌচ (লু নানবা), দয়া হায়বহু মশানা অহুম ওইরক্কদবনি, মতৌ অসুম্না ধর্মগী মাঙলুরবা মখোঙ অহুমহু অহুম মরন্নাই ওইনা হনজনজরকনি। তপ, শৌচ. দয়া অমসুং সত্য মরাঙ কায়না লৈরবা মতমদা ইমা মালেম লৈমনা মপুঙ ফানা পেনজগনি, অহুম তৌরবদি মীওইবগী সমাজলক্তা কলি হায়জন্নকপা য়ারোই।

শ্লোক ৪৩-৪৪

স এষ এতর্হ্যধ্যাস্ত আসনং পার্থিবোচিতম্।
পিতামহেনোপন্যস্তং রাজ্ঞারণ্যং বিবক্ষতা॥ ৪৩॥
আস্তেঽধুনা স রাজর্ষিঃ কৌরবেন্দ্রশ্রিয়োল্লসন্।
গজাহ্বয়ে মহাভাগশ্চক্রবর্তি বৃহচ্ছ্রবাঃ॥৪৪॥

শব্দার্থ

সঃ—মহাক; এবঃ—মসি; এতর্হি—হৌজিক; অধ্যাস্তে—শাসন তৌরি; আসনম্—তাঙ্গ্‌খং; পার্থিব-উচিতম্—নিংথৌ অমগী মতীকচাবা; পিতামহেন—মবুথৌনা; উপন্যস্তম্—পীরম্বা; রাজ্ঞা—

নিংথৌনা; অরণ্যম্—উমং; বিবক্ষিতা—পাম্লিবা; আস্তে—লৈ; অধুনা—হৌজিক; সঃ—মহাক; রাজর্ষিঃ—নিংথৌলকী ঋষি; কৌরব-ইন্দ্র—কুরুনিংথৌলক্তা অথোইবা; শ্রিয়া—লক্ষ্মীনা; উপ্পসন্—ফজনা শল্লগা; গজাহ্বয়ে—হস্তিনাপুরদা; মহাভাগঃ—লাইবক ফবা; চক্রবর্ত্তি—নিংথৌরেন্; বৃহৎশ্রবাঃ—য়াম্না মিংচৎলবা।

## মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অচুম্বা পরীক্ষিৎসিনা বন-লেংনীঙবা মবুথৌ মহারাজ যুধিষ্ঠিরনা মথুক্তা শিন্নরম্বা রাজসিংহাসন্দা তোংলম্মী। অদুগা হৌজিক্তি নিংথৌলক্তা ঋষি ওইবা, লাইবক য়াম্না ফবা, নিংথৌরেন মিংচৎলবা পরীক্ষিৎতু কৌরব-রাজলক্ষ্মীগী মঙাম্না ঙান্দুনা হস্তিনাপুরদা লৈদুনা পৃথিবী ঙাকশেল্লী।

## নৈনরোল

নৈমিষারণ্যগী ঋষিশিংনা মতম শাংনা ভৌরম্বা যজ্ঞদু মহারাজ পরীক্ষিৎনা থুপপ্রবা মতম থরদংগী তুংদা হৌথিবনি। যজ্ঞদু চহী লীশীঙ অমা চুপ্পা ভৌগদবনি, অদুগা যজ্ঞ হৌগৎলকপা মতমদা কৃষ্ণগী ময়াম্বুং বলদেবগী থংমা-নাওমা ওইবা মী খরসু যজ্ঞগী মকমতুদা লাকখি হায়। বৈয়াকরণিক থরগী মতুং ইন্না বর্ত্তমান কাল অসি ভূত কালগী হেক নক্লবা ঙমদাই কালদু উৎপদসু শীজদৈ হায়। মদুগী অর্থদা মহারাজ পরীক্ষিৎনা পাল্লবা মতাঙদসু বর্ত্তমান কাল শীজন্নরি শ্লোকসিদা। লোইবা নাইদবমথৈ চৎথরকপা থবক্তীদমকসু বর্ত্তমান কাল শীজদৈ। মহারাজ পরীক্ষিৎনা চৎলম্বা নীতিশিংদু হৌজিক কাওবা চথবা য়াই অদুগা শাসন পায়বশিংনসু ভোগে হায়রবদি মীওইবগী সমাজবু হৌজিকসু অদুম চাওখৎহনবা য়াই। মহারাজ পরীক্ষিৎনা ভৌরম্বগুম ভোগে হায়না ঐথোয়না চপ লেপ্পগদি হৌজিকসু ঐথোয় কলিনা পুশল্লকপা অমোংপা থবকশিংসি রাষ্ট্রদগী ভাম্বোকখিবা য়াগনি। মহারাজ পরীক্ষিৎনা কলিগী মফম পীরম্মী হায়বদুমঙাই তশেংবমক্তি মফমশিংদু কলিনা পৃথিবীগী ফদায়দসু খিবা ফংলমদে, মরমদি মহারাজ পরীক্ষিৎনা মহাক্কী রাষ্ট্রদা জ্যুবা শাম্নফম, যু থকফম, ওক্তবী থনফম্ অমদি শাহাৎশঙ অমতা লৈতনবা মিংনা শিংনা লৈরম্মী। হৌজিকালগী শাসন-পায়বশিংনসু রাজ্যদগী অমোংপা ভাম্বোকপা পাম্মী, অদুবু মথোয়না পঙবদগী করম হায়না থবক পাঙথোক্কদগে হায়বদু থঙদে। জ্যুবা শাম্নবা শঙ, যু-নচিংবা ময়াই-কাবা হীদাক য়োন্ফম্, ওক্তবী-শঙ, হোটেলগা পুনবা ওক্তবীগী থোরাং, সিনেমা-শঙ, থবক ভৌবা থুদিংদা নমথাক য়ানবা করি হায়গনি মশা মশাগীদফাওবা, অসিনচিংবা লিংনবা য়াথং হৌজিক্কী শাসন-পুবশিংনা পীথোকরি। অদুগা লোয়ননা অমুকসু অমোংপা রাজ্যদগী ভাম্বোক্লীংঙী। মসিগী পান্থকতি ভগবৎ-ভাবনাদি য়াওদবা অদুগা ভগবান্‌গী রাজ্যদি পাম্বা হায়বদুনি। তুং-তুং ওম্বোক্লরবা পোৎ অনী করম্না ভিম্নৌ হায়বা য়াগনি? ঐথোয়না রাজ্যদগী অমোংপা ভাম্বোক্কে হায়রগদি ধর্ম্মবু হায়বদি তপ-শৌচ-দয়া সত্য হায়বা নীতিশিংসি পামহন্নবা সমাজবু শেমগৎপা ভাই, অদুগা কীভম অদু ওইবা য়াননবা জবা শাম্নফম, যু থকফম, ওক্তবীশঙ, অমসুং নমথাক শোরিবা হায়বা পূম্নমকসি লৈতনবসু ভৌবা ভাই। শ্রীমদ্ভাগবতম্‌দগী চৎনবা য়াবা পারা থরা ঐথোয়না ফংগনি।

## শ্লোক ৪৫

**ইত্থম্ভূতানুভাবোঽয়মভিমন্যুসুতো নৃপঃ।**
**যস্য পালয়তঃ ক্ষৌণীং যূয়ং সত্রায় দীক্ষিতাঃ ॥ ৪৫ ॥**

## শব্দার্থ

ইত্থম্-ভূতা—মতৌ অসুম ওইহূনা; অনুভাবঃ—খঙ-উরবা; অয়ম্—মসি; অভিমন্যু সুতঃ—অভিমন্যুগী মপারি; নৃপঃ—নিংথৌ; যস্য—মহাকী; পালয়তঃ—পান্বা মরম্মা; ক্ষৌনীম্—পৃথিবীদা; যূয়ম্—নখোয় পুম্বা; সত্রায়—যজ্ঞগীদমক; দীক্ষিতাঃ—দীক্ষা ফংলবনি ।

## মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অভিমন্যুগী মপারি রাজা পরীক্ষিৎতু মহৈ-গুণ-চেনবা অমনিনা মহাক্না পৃথিবীসিবু শাসন তৌরে হায়বগীদমক নখোয়না যজ্ঞ তৌবা য়াম্নিবনি ।

## নৈনরোল

সমাজগী আধ্যাত্মিক উন্নতিগীদমক তৌবদা ব্রাহ্মণশিং অমদি সন্ন্যাসীশিংনা থবক-খঙ-হৈবনি অতুগা মীওইবা সমাজগী সংসারিক শান্তি অমসুং উন্নতিগীদমক ক্ষত্রিয়শিংনা খঙ-হৈবনি । মখোয় অনীমক মুংঙাইবগী শোগৎনবা য়ুম্বীনি, মরমতুনা ব্রাহ্মণগা ক্ষত্রিয়গা অনীনা মরাম য়াইকনবগীদমক অমগা অমগা সহযোগ তৌনিরগদবনি । মহারাজ পরীক্ষিৎতু লৈবাক শাসন কয়ামুক হৈরবগে হায়ববু কলিবু মাগী থবক পুম্বা তৌহন্দবা ওমথি অতুগা অতুম তৌরগা রাষ্ট্রবু আধ্যাত্মিক জ্ঞান লৌহনখি। সাধারণ মীয়াম্না লৌশিনবা হৈত্রবদি আধ্যাত্মিক জ্ঞান তান্শনগদবনি হায়বগী বাখল মমি মীয়ামগী ধন্মোইদা তাহনবা বাগনি । তপ, শৌচ. দয়া অমসুং সত্য হায়বা ধর্মগী নীতি মরিসিনা য়ুমকম ওইরগা আধ্যাত্মিক জ্ঞান লৌশন্বগী মকম শেমগদৌরিবনি; মহারাজ পরীক্ষিৎনা হায়রিবা কীতম অসি শেমগৎতুনা থনম্মী । মতৌ অসুম তৌবনা নৈমিষারণ্যগী ঋষিশিংনা চহী লীশীঙ অমা চুপ্পা যজ্ঞ তৌবা য়াথিবনি । অমরোমদা হায়রগা রাষ্ট্রগী সমর্থন য়াওত্রগদি করিগুম্বা দর্শনগী মত অমতা নত্রগা ধর্মনীতি অমতা চাওথৎপা ঙম্মোই । ব্রাহ্মণগা ক্ষত্রিয়গা অনীনা মহৈ মহৈগী য়াইকনবা মখোয় মশেল সহযোগ পীনগদবনি । অশোক মহারাজগী মতম কাওবা হায়রিবা পূকচেল মতাসি লৈরম্মী। ভগবান্ বুদ্ধবু অশোক মহারাজনা চপচানা শোগৎলম্মী, মতৌ অসুম তৌবনা বৌদ্ধধর্মসু মালেম শীনহংনা শন্দোকখি ।

অসুম্না ব্রহ্মসূত্রভাষ্য শ্রীমদ্ভাগবতম্গী অহান্বা স্কন্দা কলিদা পীবা দণ্ড অমসুং মনা কৌবা ভরা-ভরেৎওবা অধ্যায়গী ভক্তিবেদান্তগী নৈনরোল লোইরে ।

# তরানিপালগুবা অধ্যায়

## পরীক্ষিৎতা ব্রাহ্মণ মচাগী শাপ

শ্লোক ১

সূত উবাচ
যোবৈ দ্রৌণ্যস্ত্রবিপ্লুষ্টো ন মাতুরুদরে মৃতঃ ।
অনুগ্রহাদ্ ভগবতঃ কৃষ্ণস্যাদ্ভুতকর্ম্মণঃ ॥ ১ ॥

শব্দার্থ

সূতঃ উবাচ—শ্রীসূত গোস্বামীনা হায়রম্মী; যঃ—মহাক; বৈ—লেপমক; দ্রৌণি-অস্ত্র—দ্রোণগী মচাম্নুপাগী খুৎলাইনা; বিপ্লুষ্টঃ—চারুবা; ন—নত্তে; মাতুঃ—মমাগী; উদরে—পূক্নুংদা; মৃতঃ—শিরম্মী; অনুগ্রহাৎ—চান্‌বিবদগী; ভগবতঃ—ভগবান্‌গী; কৃষ্ণস্য—কৃষ্ণগী; অদ্ভুত-কর্ম্মণঃ—অঙকপা-থবক তৌবগী ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীসূত গোস্বামীনা হায়রম্মী—অঙকপা-থবক-তৌগন্‌বা ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী কৃপানা মহারাজ পরীক্ষিৎতু মমাগী পূক্নুংদা দ্রোণগী মচা অশ্বত্থামাগী খুৎলাইনা চারুম্লবসু শিখিদে ।

### নৈনরোল

মহারাজ পরীক্ষিৎকী অঙকপা শাসনগী বা তারগা থোইদোক হোন্দাম্লা মহাক্লা কলিবু শাস্তি পীবগী অহুগা মহাকী রাষ্ট্রদা কলিনা অমাঙ-অতা করিমতা তৌবা য়াহন্দবগী বা তারগা নৈমিষারণ্যগী মুনিশিংনা য়াম্না ঙকখি । শ্রীসূত গোস্বামীহ্ মহারাজ পরীক্ষিৎকী অঙকপা মপোক অমম্লুং শিবগী মতৌ অহুম্ন বর্ণনা তৌনিঙগম্মী । নৈনরিবা শ্লোকসি সূত গোস্বামীনা নৈমিষারণ্যগী মুনিশিংগী পেলহম্লবা হায়রম্বনি ।

শ্লোক ২

ব্রহ্মকোপোত্থিতাদ্ যস্তু তক্ষকাৎপ্রাণবিপ্লবাৎ ।
ন সম্মুমোহোরুভয়াদ্ ভগবত্যর্পিতাশয়ঃ ॥ ২ ॥

শব্দার্থ

ব্রহ্মকোপ—ব্রাহ্মণা শাউবা; উত্থিতাৎ—থোরকপা; যঃ—মহাক; তু—অদুবু; তক্ষকাৎ—তক্ষক কৌবা লিন্‌দগী; প্রাণ-বিপ্লবাৎ—থবাই মাঙগদৌবদগী; ন—নত্তে; সম্মুমোহ—থু্মহৎলম্মী; উরু-ভয়াৎ—য়াম্না চাউবা অকিবদগী; ভগবতি—ভগবান্দা; অর্পিত—কৎথবা; তাশয়ঃ—পূম্নিং ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহারাজ পরীক্ষিৎতু ভগবান্দা পুক্নিং-থম্মোই পুম্নমক্ কংথোক্লম্না মরম্না ব্রাহ্মণগী শাপগী তক্ষক-না থবাই লৌবা তাংবদু য়াম্না কিকম থোকপদু ফিরমদে অদুগা অকিবদুনসু শুমহৎলমদে।

### নৈনরোল

ভগবান্দা মশাবু কংথোক্লম্লবা ভক্তবু নারায়ণ-পরায়ণ কৌয়ি। অসিগুম্বা মীওইদি করিগুম্বা মখম নত্রগা মীদি লায়রবদুনা শিবা কাওববু কিদে। মগোন্দদি পরমেশ্বর ভগবান্‌গুম্বা মরু-ওইবা পোৎ অমত্তা লৈতে অদুনা মগোন্দদি স্বর্গগা নরকা অনীমক চপ মান্নে। স্বর্গ অমসুং নরক অনীমক ভগবান্‌গী সৃষ্টি ওক্নি হায়বা মহাক্তি খঙই; মতৌ অদুগুম্বা চঙবা শিবা অনীসি ঈশ্বরনা শেম্বা তোঙান তোঙানবা মরৈ অৎনি। অদুবু কীতম লোইনমক্তা নারায়ণবু নীঙশীংবা হায়বসি তৌদবা য়াদবনি। নারায়ণ-পরায়ণ অমনা মসি মতম পূম্বদা তৌই। মহারাজ পরীক্ষিৎতু অসিগুম্বা শুদ্ধ ভক্ত অমনি। কলি চঙবদগী জ্ঞান-বাৎপা ব্রাহ্মণ মচা অমনা শেমাম্লনা শাপ তৌখি। মহারাজ পরী-ক্ষিৎতি শাপ অদুবু নারায়ণনা থারকপনি হায়না লৌরম্মী। নারায়ণনা (শ্রীকৃষ্ণনা) পরীক্ষিৎপু মমা পুক্নুংদা ব্রহ্মাস্ত্রগী মৈনা চাক্লম্বদগী কন্থি হায়বদু পরীক্ষিৎ খঙলম্মী, অদুনা মহাক লিম্না চৌকপদগী শিবা তারবদি মদুসু ভগবান্‌গী ইচ্ছানা থোকহৌরিবনি। ভক্তনা ভগবান্‌গী ইচ্ছা কায়নবা করিমত্তা তৌনিঙদে। ভগবান্না থারকপা পোৎ খুদিংমক ভক্তশীদি বর অমনি। মরমসিনা মহারাজ পরীক্ষিৎ অদু কিঙ ফিরমদে অদুগা অকিবনা পঙথহন্‌বা হায়বদুসু তৌরমদে।

### শ্লোক ৩

**উৎসৃজ্য সর্ব্বতঃ সঙ্গং বিজ্ঞাতাজিতসংস্থিতিঃ।**
**বৈয়াসকের্জহৌ শিষ্যো গঙ্গায়াং স্বং কলেবরম্ ॥ ৩ ॥**

### শব্দার্থ

**উৎসৃজ্য**—লংশেক্লুনা; **সর্ব্বতঃ**—মায়কৈ মরিমক্তা; **সঙ্গম্**—সঙ্গ (তিন্নবা); **বিজ্ঞাত**—খঙলবা; **অজিত**—লাকওন ফাওমদবা (ভগবান্); **সংস্থিতিঃ**—লেঙদবা ফিরেপ; **বৈয়াসকেঃ**—ব্যাসনা পোকপা মচাগী; **জহৌ**—থাদোকখি; **শিষ্যঃ**—শিষ্য, মচা মনাই (ওইনা); **গঙ্গায়াম্**—গঙ্গা তোর্বান্দা; **স্বম্**—মশামকী; **কলেবরম্**—হকচাঙ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ব্যাসগী মচানুপা শুকদেবগী শিষ্য পরীক্ষিৎ অদুনা ভগবানগী তত্ত্ব (ফিরেপ অশেংবা) মপুঙ ফানা খঙলদুনা সঙ্গ পুম্নমক থাদোক্লগা গঙ্গাদা মশামকী হকচাঙ থাদোকখি।

### নৈনরোল

'অজিত' হায়বা শব্দসি মকমসিদা কান্নবা শব্দ অমনি। পরমেশ্বর ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণসে অজিত হায়বদি লাকওন-ফাওমদ্রবনি হায়না খঙনৈ অদুগা মানা মদু ওইরিবসে হীরম খুদিংদনি। কনামতনা মাগী অশেংবা তত্ত্ব (ফিরেপ) খঙবা ঙমদে। মহাকপু জ্ঞান হায়বদুনসু লাকওমদ্রবনি। ঐখোয় মহাকী থাম হায়বদি মকম, নিত্য গোলোক বৃন্দাবনগী য়া ইনাকোওন্না তারে, অদুবু থাম অসিবু মখং মথন মথন্দা ব্যাখ্যা তৌদুনা তাকপা পণ্ডিত য়াম্না লৈ। মাগী মকমদা তোম্লবা শিষ্য অমগুম্না

ৱিংথৌনা চঙজরিবা অহুগুম্বা শুকদেবগুম্বা গুরুগী কৃপানা মীপুম খুদিংমক ভগবান্‌গী, মহাক্কী নিত্য ধামগী অমস্তুং ধামচুদা লৈবা প্রাকৃত নত্তবা পরিকরগী তত্ত্ব খঙবা ঙম্মী। ভগবান্‌গী দিব্য ভৱসি অহুগা দিব্য ধামসিদা চংনবা সাধন তম্বহু খঙলগা নিংথৌ পরীক্ষিৎতুনা মাগী অরোয়বা পম্মু,কেমগী মরমদা পূক্নীং লুম্না লৈখি; অমস্তুং মসি খঙলদুনা মহাক্না লৈজবা খুদিংমক করি হায়রনি মাগী হকচাঙ কাওবা আসক্তি য়াওদবমখৈ লংশেক্লখি। ভগবদ্গীতাদা হায়রি— পরং দৃষ্ট্বা নিবর্ত্ততে, পরমবু হায়বদি পোৎকী পুঙথোই থোইবা মগুন উরবদি সংসারগী পোত্তাদা লৈবা আসক্তিগা লোয়ননা মরী থদৎনবা মীপুম খুদিংমা ঙম্মী। প্রাকৃত শক্তিগী গুণ অহুদগী ভগবানগী দিব্যশক্তিগী গুণনা হেন্নি হায়বসি ঐখোয়না ভগবদ্গীতাদগী খঙবা ঙম্মী অমস্তুং শুকদেব গোস্বামীগুম্বা গুরু অমগী কৃপানা ঐখোয়না ভগবানগী নিত্য ওইবা নাম, গুণ, লীলা, পরিকরনচিংবা উৎলিবা ভগবৎ শক্তিগী মরমদা খঙবা ঙমগনি। ভগবান্‌গী পরাশক্তিসিবু মুস্না খঙদ্রবদি ভগবান্‌গী বহিরঙ্গ শক্তি মায়া হায়বসি থাদোকপদি, ঐখোয়না লক্ষ্য অম্বরতত্ত্বগী মরমদা জ্ঞানযোগনা নৈনহুনস্তু, সুকওই ওইথোক্লোই। ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী কৃপাতনা শুকদেব গোস্বামীগুম্বা মীতা অমগী কৃপা মহারাজ পরীক্ষিৎনা ফংবা ঙমখিবনি। মতৌ অসুম্না মহাক্না অজিত ভগবানগী অওইবা তত্ত্ব খঙবা ঙমজখি। বৈদিক সাহিত্য নৈনরগা ভগবান্‌বু খঙবা য়াম্না বাবা থবক্নি, অদুবু শুকদেব গোস্বামীগুম্বা মুক্তাত্মা ভক্ত অমগী কৃপানা ভগবান্‌বু খঙবদি য়াম্না লায়।

### শ্লোক ৪

**নোত্তমশ্লোকবার্ত্তানাং জুষতাং তৎকথামৃতম্।**
**স্যাৎসম্ভ্রমোঽন্তকালেঽপি স্মরতাং তৎপদাম্বুজম্ ॥ ৪ ॥**

### শব্দার্থ

ন—নত্তে; উত্তমশ্লোক—বেদগী শ্লোকশিংনা শকশোয়রিবা ভগবান্; বার্ত্তানাম্—মাগী কথাদা লৈবশিংগী; জুষতাম্—সেবন তৌবশিংগী; তৎ—মহাক্কী; কথা-অমৃতম্—বাগী অমৃতচু; স্যাৎ—থোকই; সম্ভ্রমঃ—শেরান্না থনবা; অন্ত—অরোইবদা; কালে—মতমদা; অপি—সু; স্মরতাম্—নীংশিঙবা মীশিংগী; তৎ—মহাক্কী; পদ-অম্বুজম্—খোঙ-থম্বাল।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাক্কী অহুম্না ওইবদা করিমতা ঙক্ৰুঙাই লৈতে; মরমদি উত্তমশ্লোক ভগবান্‌গী বাদা তত্তনা পুক্নীং লৈশনবদগী মতম পুম্বদা ভগবান্‌গী কথামৃতচু কাল্লিবা অহুগা মহাক্কী খোঙ-থম্বাল্‌বু নীংশিংবা মখোয়চুদি পোলোইগী মতমদস্তু পুক্নীং চোইদবমখৈ চৎপা ঙম্মী।

### নৈনরোল

শিরমদায় মীৎকুপ্তা ভগবান্‌গী তত্ত্ব নীংশীংলগা পুন্সী মহৈ য়ানবগী মপুঙকাবা হায়বচু ঙম্মী। শুকদেব গোস্বামীগুম্বা নত্রগা মহাকতৌনা শিষ্য-পরম্পরাদা লাকপা কনাগুম্বা অমনা শরুম্বা বৈদিক স্তোত্রশিংদগী ভগবান্‌গী স্বভাব অশেঙবচু খঙলবা কনাগুম্বা মীতনা পুন্সি মহৈ য়ানবগী মপুঙকাবা হায়বসি ওইহনবা য়াই। মন:বুদ্ধি-পুরাণ হায়বা মীতাদগী বৈদিক স্তোত্র শ্রবণ তৌবনসি কাম্বা লৈতে। হায়রিবা পোৎসি আত্মা-উপলব্ধি-তৌরবা মীগী মকমদগী শ্রবণ তৌরগা নোঙ্গুক্লা সেবা তৌচুনা চপচানা খঙলবা মতমদা পোৎলম খুদিংমক তক্ক-তক্কনা উবা ফংগনি। মতৌ অসুম্না

নোঙ্কুকপা শিষ্য-অমনা শিষ্য-ভাবতা পুন্সি লেন্‌বা গুরুগনি অমসুং শিষকাওবা অহুম্না অহুম লেমগনি। হকচাঙগী কীতম্না পুন্ডচাই-চাইরক্লবা নীঙশীঙবগী পাঞ্জল অহুনা শোম্বরক্লবা মতমদা কনাগুম্বনা মরমচাবা উপায় শীজিন্নরবদি পুন্সি লোইরমদায়দসু ভগবান্‌বু নীঙশীঙবা ওমগনি। মীচম অমনা শিরমদায়রগী মতমদা পোং চপচানা নীঙশীঙবা বাগানী, অদুম্বু ভগবান্‌গী কৃপা অমসুং মাগী অশেঙবা ভক্ত ওইবা দীক্ষাগুরুগী কৃপানা ভগবান্‌বু রাম্না লাইনা নীংশিংবগী সুযোগমসি ফংবা ঙম্মী। মসি মহারাজ পরীক্ষিৎকী মতাঙদসু ওইখি।

শ্লোক ৫

তাবৎকলির্ন প্রভবেৎ প্রবিষ্টোঽপীহ সর্বতঃ।
যাবদীশো মহানুর্ব্যামাভিমন্যব একরাট্ ॥৫॥

শব্দার্থ

তাবৎ—মতম অদুকী মথৈ; কলিঃ—কলিনা; ন—নত্তে; প্রভবেৎ—চাওখৎপা; প্রবিষ্টঃ—চঙলাম্নবা; অপি—সু; ইহ—মফমসিদা; সর্বতঃ—মফম পুম্বদা; যাবৎ—মতম অদুকী মথৈ; ঈশঃ—ভগবান্; মহান্—অচৌবা; উর্ব্যাম্—পৃথিবীদা; অভিমন্যবঃ—অভিমন্যুগী মচানুপা; একরাট্—মথন্তা ঙাম্বা নিংথৌরেন।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কলিনা হান্নদগী পৃথিবীদা চঙলবসু পুকচেল-চাউবা খুংকন্ পাজন্‌বা অভিমন্যুগী মচানুংঙো পরীক্ষিৎনা পালম্বা মতম অদুকী মথৈদি কলিনা চাওখৎলম্বা ঙম্মদে।

নৈনরোল

হান্নবা হায়খিবদুনি, কলিনা পৃথিবীদা চঙলকপা কুইরবনি অদুগা মহাক্না পৃথিবী পুম্বদা মহাকী প্রভাব শন্দোক্নবা তাঙ্গা ঙাইহুনা লৈরম্লিবনি। অদুবু মহারাজ পরীক্ষিৎ লৈরম্বা মরম্না কলিনা প্রভাব শন্দোকপা পঙঙম ঙম্মদে। মহুনি শাসন কবা হায়বদু। অকায়বা তৌগন্‌বা কলিগুম্বা মীতানা মখোয়গী অকায়বা থবক অদু শরা শন্না তৌগদবগী মতম পুম্বদা চোংনৈ, অদুবু উপায় অরৈবমথৈ শীজিন্নরগা কত্তববু থিংননবা হোৎনবদি অঙম্বা রাষ্ট্রশিংগী মথৌনি। মহারাজ পরীক্ষিৎনা কসিগীদমক মফম পীরম্নবসু প্রজাশিংবু কলিগী মথা পোল্লনবগী তাঙ্গাদি পীরমদে।

শ্লোক ৬

যস্মিন্নহনি যর্হ্যেব ভগবানুৎসসর্জ গাম্।
তদৈবেহানুবৃত্তোঽসাবধর্মপ্রভবঃ কলিঃ ॥৬॥

শব্দার্থ

যস্মিন্—অদুদা; অহনি—নুমিত্তা; যর্হি-এব—পুক্কমতমক্তা; ভগবান্—ভগবান্না; উৎসসর্জ—থাদোকখি; গাম্—পৃথিবীবু; তদা—মতমদুদা; এব—লেপ্পমক; ইহ—পৃথিবীসিদা; অনুবৃত্তঃ—তুং ইল্লমী; অসৌ—মহাক; অধর্ম—অধর্ম; প্রভবঃ—পোকহন্‌বা; কলিঃ—কলি।

## মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনা পৃথিবীবু থাদোক্লবা মতুংদা অমদি পুক্কম অদুমক্তদা অধর্ম-পোকহন্বা কলিনা পৃথিবীদা চঙলকখি।

## নৈনরোল

ভগবান্ মশামক্তে, মাগী মিংনে অদুগা শুপ্রচিংবনে লোইনমক অমতনি। ভগবান্না লৈরিঙৈদদি কলিনা পৃথিবীসিদা চঙকপা ঙমখিদে। মতৌ অদুগুম্না ভগবান্গী নাম-শুপ্রচিংবা তৎতনা শোল্লবগী থৌরাং লৈরবদি কলিনা চঙলকপগী তান্জা ফংলোই। পৃথিবীদগী কলিবু তাদোক্লবা পাম্বৈদি অদুনি। হৌজিকালগী সমাজগীদি প্রাকৃত বিজ্ঞান য়াম্না চাউখৎলে, অদুগা মখোয়না অতিয়াদা খোন্ য়েংহোক্লবা রেডিও পুথোরক্লে। ইন্দ্রিপেম্নবগী থবক্তা খোন শীজন্নগদৌবগী শক্তকপুদি ভগবদগীতানা শ্রীমদ্ভাগবতম্না তৌ হায়না তাক্লিবগুম্না ভগবান্গী পবিত্র নাম, মশ অমদি লীলা শন্দোক্লবা য়াম্ব্রনা থৌরাংলবদি ধর্মগী শাজৎশিংদু পৃথিবীসিদা অমূক চৎহন্বা য়াগনি অদুগা শেন্জা-থুমজাগী অমোৎপবু পৃথিবীদগী তাহোক্লীংবা শাসন-পায়বশিংনা মহৈ য়ান্গনি। ভগবান্গী সেবাদবু শীজন্নরবদি থবক অমতা কত্তবা ওইরোই।

## শ্লোক ৭

**নানুদ্বেষ্টি কলিং সম্রাট সারঙ্গ ইব সারভূক্।**
**কুশলান্যাশু সিধ্যন্তি নেতরাণি কৃতানি যৎ ॥ ৭ ॥**

### শব্দার্থ

ন—নত্তে; অনুদ্বেষ্টি—কলকখম্বন্বা; কলিম্—কলিবু; সম্রাট—নিংথৌরেন্; সারঙ্গ—খোইমু; ইব—শুম্বা; সারভূক্—মচিদমক লৌবা; কুশলানি—মঙ্গলগী মশক ওইবা পোৎতা; আশু—থুনমক; সিধ্যন্তি—সিদ্ধ ওই; ন—নত্তে; ইতরাণি—(মঙ্গলগী নত্তবা) অতৈ; কৃতানি—পাঙথোক্লবা; যৎ—মদু।

## মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহারাজ পরীক্ষিৎতি খোইমুগুম্না মচি ওইবা পোৎতুদা লৌবনি। কলিযুগ অসিদদি পুণ্যকর্মশিংদি তৌগে নীংবদদা (সহন্ন তৌবদদা) মহৈ য়াম্লি, অদুগা পাপ কর্মশিংদি (মহৈ য়ালহন্নবগীদমক) তপেঙনা খুৎথোক্লা তৌগদবনি হায়বসি মহারাজ পরীক্ষিৎনা ম্লোনা খঙই। মরমদুনা মহাক্না কলিবু য়েংথিন্নমদে।

## নৈনরোল

কলিযুগবু লৈখা তারবা যুগ হায়না খঙনৈ। লৈখা তারবা যুগসিদদি জীবশিংগী কীডম ফক্সবনিনা ভগবান্না মখোয়দা খুদোংচাবা থম্না পীবিরে। মরমদুনা ভগবান্গী ইচ্ছা মতুং ইন্না, কলিজীবদি পাপকী থবক অম্না চাননা তৌখিবাওবদি থবক অদু তৌকম ওইদে। যুগ অতৈদদি পাপকী থবক অমতং তৌগে নীঙবতনা পাপকর্মদুগী ফল ফংঙী। অদুগা ওন্ন-তৈননা, কলি যুগ অসিদদি কনাগুম্বা জীবনা পুণ্যকর্ম অম্না তৌগে নীঙবতদা কর্মদুগী ফল অফবদু ফংঙী। মহারাজ পরীক্ষিৎ ভগবান্গী কৃপাদগী শাস্ত্র-হৈবা অমসুং খঙ-উরবা মরক্তা অথোইবা মী অমা ওইরম্বা মরম্না কলিবু মরম চাদনা য়েংথিন্নমদে মরমদি মহাক্না কলিদা কত্তবা থবক অমতা তৌনবগী তান্জা ফংহল্লমদে। কলিযুগগী হৌনবী কত্তবা থবক অদু তৌদনবা প্রজাশিংবু মহাক্না ঙাকশেল্লম্মী, অদুগা লোয়ননা কলিদা মশক্নাইবা মফম থম্না

পীদুনা কলিগী থবক চংথহন্‌খি। শ্রীমদ্‌ভাগবতম্‌গী লোইরকপা মতাংদা হায়রি—কলিগী অধর্ম ময়ামদু লৈন-লৈনমক কলিযুগ অসিদা খুদোংচাবা অমা লৈ। মীপুম খুদিংনা ভগবান্‌গী পবিত্র নাম অদু শোন্‌বতনা মুক্তি ফংবা ঙম্মী। মরমসিনা মহারাজ পরীক্ষিৎনা ভগবান্‌গী পবিত্রনাম কীর্ত্তন প্রচার তৌনবা থৌরাংলম্মী অমসুং মতৌ অদুম তৌদুনা প্রজাশিংবু কলিগী মখুত্তগী কন্‌খি। বেদশিংদসু হায়রি—ভগবান্ কৃষ্ণগী লীলা নৈনবনা কলিযুগ অসিদা ওইবা খুদোংচাদবা মথৌদগী নাম্মোকপা য়াই। শ্রীমদ্‌-ভাগবতম্ হৌরকপদা হায়রি—ভাগবত পাঠ তৌরগা ভগবান্‌বু থম্মোইদা কাদুনা থম্বা য়াই। থরসি কলিযুগগী ওইবা খুদোংচাবনি। মহারাজ পরীক্ষিৎনা খুদোংচাবশিংসি লৌদুনা কলিবু য়েংথীবা তৌদদুনা বৈষ্ণব ধর্ম্ম চপচানা চংলম্মী।

শ্লোক ৮

**কিং নু বালেষু শূরেণ কলিনা ধীরভীরুণা।**
**অপ্রমত্তঃ প্রমত্তেষু যো বৃকো নৃষু বর্ত্ততে॥ ৮॥**

শব্দার্থ

কিম্—করি; নু—ওইবা য়াই; বালেষু—মূর্খমরক্তা; শূরেণ—থৌনাফবা মীনা; কলিনা—কলিনা; ধীর—পাখৎতবা; ভীরুণা—কিগনুবনা; অপ্রমত্তঃ—চেকশনুবা মী; প্রমত্তেষু—চেকশন্দবা মরক্তা; যঃ—মহাক; বৃকঃ—কৈ; নৃষু—মীয়ক্তা; বর্ত্ততে—লৈ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মূর্খশিংনা (অঙাংমচাশিংনা) কলিবু য়াম্না থৌনাফবা অমনি হায়বা য়াই; অদুবু মশা মায়ক-ঙম্বা মীভাশিংনদি করিমতা কিনগাই লৈতে হায়না মহারাজ পরীক্ষিৎনা খল্লম্মী। নিংথৌদি কৈগুম্না শক্তি-চেন্‌বনি অদুগা অপঙবা চেকশিন্দবা মীগীদমক চেকশন্‌বিরম্মী।

নৈনরোল

ভগবদ্ভক্ত নত্তবা মীমখৈ থৌশাগন্দবা অমসুং অপঙবা ওাক্সি। মপুঙফানা শিংত্রবদি (বুদ্ধি-লৈবা নত্রবদি) কনামতনা ভগবান্‌গী ভক্ত ওইবা ঙমদে। ভগবদ্ভক্ত নত্তবা মীমখৈ কলিনা খুদুম চল্লী। মহারাজ পরীক্ষিৎনা তৌরম্বা থবক মতৌদু হায়বদি ভগবান্‌বু ভক্তি তৌগদবনি হায়বসি মীয়ামদা শন্দোকপা মতৌদু তম্নবা ঐখোয়না শেমশাত্রবদি সমাজদা জ্ঞান-তাবা ফীভম অমা ওইহন্‌বা য়ারোই।

শ্লোক ৯

**উপবর্ণিতমেতদ্ বঃ পুণ্যং পারীক্ষিতং ময়া।**
**বাসুদেবকথোপেতমাখ্যানং যদপৃচ্ছত॥ ৯॥**

শব্দার্থ

উপবর্ণিতম্—অয়াম্বা লীয়বনি; এতৎ—মসি; বঃ—নখোয়দা; পুণ্যম্—পুণ্যগী বা; পারীক্ষিতম্—পরীক্ষিৎকী মরমদা; ময়া—ঐনা; বাসুদেব—ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী; কথা—য়াঠী; উপেতম্—মরীদা; আখ্যানম্—বারী; যৎ—মদু; অপৃচ্ছত—(নখোয়না ঐহোন্দা) হংখি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে মুনিশিং, মহারাজ পরীক্ষিৎকা মরী লৈনবা শ্রীকৃষ্ণগী বা নখোয়না ঐখোন্দা হংখিবা অদুগী অরাম্বা বা ঐনা নখোয়দা লীগে।

নৈনরোল

শ্রীমদ্ভাগবতম্‌সি শ্রীকৃষ্ণগী লীলাগী ইতিহাসনি। ভগবান্‌গী লীলা পুম্বা ভক্তশিংগী মরীদা শাম্নখিবা গুরি। মরমদুনা ভক্তশিংগী ইতিহাসদি ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী লীলাগী ইতিহাসতগী তোগাননবা নত্তে। ভগবন্তকে অমনা ভগবান্‌গী অমসুং মাগী ভক্তশিংগী লীলামৃতবু অমতা ওইনা লৌরি মরমদি লীলাশিংদু প্রাকৃত নত্তে।

শ্লোক ১০

যা যাঃ কথা ভগবতঃ কথনীয়োরুকর্ম্মণঃ।
গুণকর্ম্মাশ্রয়াঃ পুম্ভিঃ সংসেব্যাস্তা বুভূষুভিঃ॥ ১০॥

শব্দার্থ

যাঃ—মদু; যাঃ—মদু; কথাঃ—ৱারীশিং; ভগবতঃ—ভগবান্‌গী; কথনীয়া—থাগৎলোইবা; উরু-কর্ম্মণঃ—অঙকপা থবক তৌবা মহাকী; গুণ—প্রাকৃত নত্তবা গুণ; কর্ম্মঃ—(থৌইপা মায়দবা) থবক; আশ্রয়াঃ—মরী লৈনবা; পুম্ভিঃ—মীশিংনা; সংসেব্যাঃ—শ্রবণ তৌগদবা; তাঃ—মদু পুম্বাঃ বুভূষুভিঃ—মশা মশাগী য়াইফবা পাম্বশিংনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মশা মশাগী য়াইফবা পাম্বা মীভাশিংনা অঙকপা-থবক তৌবা শ্রীভগবান্‌গী দিব্যলীলা অমসুং গুণগা মরীলৈনবা ৱারী পুম্নমক নোমুক্তা শ্রবণ তৌগদবনি।

নৈনরোল

ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী লীলা-গুণ-নাম চাংনাইনা শ্রবণ তৌবনা তৌরিবা মীছুবু নিত্য জীবনগী মায়কৈদা ইনথৎলী। চাংনাইনা শ্রবণ তৌবা হায়বদি ভগবানবু অচুম্বা অওইবা ওইনা খঙবা হায়বনি, অদুম্বা খঙবা হায়বদি ভগবদ্গীতাদা হায়রিবা নিত্য ওইবা জীবন কংবনি। ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী অসিগুম্বা দিব্য ওইবা অমসুং শক-শোল্লরিবা লীলাশিংসে পোকপা-শিবা হমুরকপা অদুগা অনা-অয়েক কৌবা মায়াবদ্ধ জীবনা কংলিবা প্রাকৃত নিয়মশিংসি কোকুবা উপায়নি। অদুম্ম তৌরগা মপুঙফাবা পুন্সি মতাঙদা লাকপদু মীওইবা পুন্সিগী পন্দুংনি অমসুং দিব্য আনন্দ কংবা হায়বদুনি।

শ্লোক ১১

ঋষয়ঃ ঊচুঃ
সূত জীব সমাঃ সৌম্য শাশ্বতীর্বিশদং যশঃ।
যস্ত্বং শংসসি কৃষ্ণস্য মর্ত্ত্যানামমৃতং হি নঃ॥ ১১॥

শব্দার্থ

ঋষয়ঃ উচুঃ—ঋষিশিংনা হায়রম্মী; সূত—হে সূত গোস্বামী; জীব—হিংঙু; সমাঃ—চহী য়াম্না; সৌম্য—চাঙলেম্বা; শাশ্বতী—নিত্য (মতম পুম্নমক্কী ওইবা); বিশদম্—ময়বা; যশঃ—মিংচৎ; যঃ—মহাক; যম্—নহাক্না; শংসসি—শকশোল্লী; কৃষ্ণস্য—কৃষ্ণগী; মর্ত্যানাম্—শিগদবা জীবশিংগী; অমৃতম্—অমৃত; হি—লেপ্পমক; নঃ—ঐখোয়গী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ঋষিশিংনা হায়রম্মী—হে চাঙলেম্বা সূত গোস্বামী, নহাক মতম কুইনা পুন্সিন্নু, মরমদি নহাক ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী ময়বা যশঃ-লীলা ফজনা শকশোল্লী। মসি মর্ত্যগী জীব ঐখোয়গুম্বগীদি অমৃতনি।

মৈনরোল

ঐখোয়না ভগবানগী বাঙ্গী শ্রবণ তৌবা মতমদা ভগবান্ মশামক্না ভগবদ্গীতাদা (৪।৯) হায়খিবা বাহু মতম পুম্বদা নীঙশীংবা ওম্মী। মহাক্কী থবক্তি মীওইবগী সমাজলক্না তৌরবা কাওবদা লোই-নমক দিব্য ওাক্নি, মরমদি থবকশিংহু ভগবানগী পরা শক্তিনা ইন্‌সন্‌বা ওাক্নি, মাগী পরাশক্তিসিদি মাগী অপরা শক্তিহুগা খেন্নৈ। ভগবদ্গীতাদা হায়রি—ভগবানগী থবকশিংদি দিব্য কর্ম্ম কৌই। মসিগী অর্থদি মাগী অপরা প্রকৃতিগী মথা পোম্লুনা পোকপা জীবশিংগুম মহাক থবক তৌদে নত্রগা পোক্কে হায়বনি। মহাক্কী দেহসু প্রাকৃত নত্তে হায়বদি সাধারণ জীবগুম্না হোংবা নাইদে। বাফমসি খঙবা মীদি মাগী হৌজিক লৈরিবা দেহহু থাদোক্লবা মতুঙদা অমূক হন্না পোক্কে—মহাক্না বাফমহু ভগবান্দগীদা নত্রগা তত্ত্ব-খঙবা মকমদগীদা অমদগীবু খঙলবসু। অসিগুম্বা জ্ঞান-ফংলবা জীবাত্মানা ভগবানগী পরম ধামদা চঙবা ফংঙী অমসুং ভগবানবু প্রেম-সেবা তৌবা ফংঙৈ। মরমসিনা ঐখোয়না ভগবদ্গীতাদা অমসুং শ্রীমদ্ভাগবতম্‌দা য়াওরিবা ভগবানগী নাক্তা হুনবগী দিব্যভাবকী মরম অদুক্কী মতীক হেন্না খঙগনি অমসুং অদুম তৌদুনা ভগবানগী লীলা কথাশিংসি অদুক্কী মতীক শ্রবণ তৌরগা ভগবানগী খোঙচত্তা শোয়দবা চাওখৎ খোঙথাঙ থাংগনি।

শ্লোক ১২

কর্ম্মণ্যস্মিন্ননাশ্বাসে ধূমধূম্রাত্মনাং ভবান্।
আপায়য়তি গোবিন্দ পাদ পদ্মাসবং মধু ॥ ১২ ॥

শব্দার্থ

কর্ম্মণি—থবক্তা (যজ্ঞদা); অস্মিন্—অসিগুম্বা; অনাশ্বাসে—অয়েক্পা লৈতবা; ধূম—মৈখু; ধূম্র-আত্মনাম্—চুমবা হকচাঙ; ভবান্—অদোম; আপায়য়তি—পেলহল্লী; গোবিন্দ—ভগবান শ্রীকৃষ্ণ; পাদ—খোঙ; পদ্ম আসবম্—থম্বালগী লৈহী; মধু—খোইহী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ঐখোয় সকাম কর্ম্ম যজ্ঞসি তৌখৎপদা হায়রি, অদুবু ঐখোয়গী অবাৎপা য়াম্না লৈবনা যজ্ঞসিগী করি ফল ওইগনগে হায়বগী অশেংবা খঙদে। ঐখোয়গী হকচাঙসে মৈখু চুমবগী মুগদে, অদুবু নহাক্না য়েন্নিবা গোবিন্দগী খোঙ-থম্বালগী খোইহীনা ঐখোয় পুম্নমক ইপেল্‌লে।

### নৈনরোল

নৈমিষারণ্যগী ঋষিশিংনা থাগৎপা যজ্ঞগী মৈহূ মৈথূ য়াম্না খুরমী অহুগা ছিন্ত্র য়াম্না লৈবা মরম্না ফল কম্নি ফংগনি হায়বগী অরেপ্না লৈরমদে। অহানবা ছিন্দ্রদি অসিনি মন্থুদি—যজ্ঞ তৌবদদা সিঙি ওইহনবা শুম্বা ব্রাহ্মণ অহৈবদি কলিযুগসিদা য়ান্না তাঙতী। অসিগুম্বা যজ্ঞসিদা অশোয়বা অমতং য়াওবদা যজ্ঞ পূর্ণমক পুম্নাঙ মাঙতী অহুনা ওইহন্নীংবা ফল অহু ওইগদবা হায়বদা চীংনৈ লৌউবগী থবক্তুম্। লৌউবগী ফলদি লাইনা ভম্বা নোংজুনা লেপ্নে, মরমঙনা ফল করি ওইগদগে হায়বগী অরেপ্না থওদে। মতৌ অহুগুম্না কলিযুগসিদা যজ্ঞ তৌবদি কম্নি ওইগদগে হায়বগী মকম মরাং থওদে। কলি যুগসিদদি ভগবানগী পবিত্র নামগী সঙ্কীর্ত্তন-যজ্ঞ নত্তনা মহৈ-য়ানগদবা যজ্ঞ অমা লৈতে হায়বা শাস্ত্রগী বচন অসি লোৎলগা কলি-যুগগী লমচৎ-নাইদবা লোভী ব্রাহ্মণশিংনা অপঙবা মীয়াম্বু কুম্নৈগুম্বা ফলগী বা মকম থওদবা যজ্ঞ তৌহন্নী। সূত গোস্বামীনা ঋষিশিংগী মকমদা ভগবানগী দিব্য লীলাশিংগী লীরমী, ঋষিশিংমু দিব্যলীলাশিংসি শ্রবণ তৌবগী ফল ফংজরমী। ফল ফংলিবসি অচাপোৎ চাবদা মহাওনচিংবগী ফল ফংবগুম ফংবা ঙম্মী।

নৈমিষারণ্যগী ঋষিশিংমু যজ্ঞগী মৈথূদগী মুংঙাইতবা তশেংনা ফংলম্বনি অহুগা কম্নি ওইগদগে হায়বগী মরমদম্মু চিংনরম্বনি, অহুবু সূত গোস্বামীগুম্বা আত্মা-উপলব্ধি-ফংলবা মী অমদগী ভগবল্লীলাগী বারী শ্রবণ তৌবদা মপুক্লীং মুংঙাইখি। ব্রহ্ম বৈবর্ত্ত পুরাণ অহুদা বিষ্ণুনা শিবদা হায়খিবা বা লৈ মন্থুদি—মানা চিন্তাগী পোৎলুম পুরবা কলিগী মীশিংনা সকাম কর্ম্মদা অমম্বুং দার্শনিক বিচারদা লুপ্পনা অরেম্বদ। নামৎ মাঙহন্নী, অহুবু মথোয় হরিভক্তিদা লুপ্পবা মতমদদি শোয়দবা ফল ফংগনি অহুগা নামৎ মাঙবগী বা লৈরোয়। বাহৈ অমরোমদা হায়রগনা, আত্মা উপলব্ধিগীদমক নৎত্রগা প্রাকৃত ওইবা লম্বুম ফংবগীদমক তৌবা থবক পুম্বা ভগবৎ-ভক্তি য়াওত্রগদি কম্নিমতা মহৈ য়াল্লোই।

### শ্লোক ১৩

**তুলয়াম লবেণাপি ন স্বর্গম্ নাপুনর্ভবম্।**
**ভগবৎসঙ্গিসঙ্গস্য মর্ত্ত্যানাং কিমুতাশিষঃ ॥১৩॥**

### শব্দার্থ

তুলয়াম—চাংদম্নবা; লবেণ—খুজীমুক্তা; অপি—ফাওবা; ন—নত্তে; স্বর্গম্—স্বর্গ; ন—নত্তে; অপুনর্ভবম্—অরানথুবম্; ভগবৎসঙ্গি—ভগবানগী ভক্ত; সঙ্গস্য—সঙ্গগী; মর্ত্ত্যানাম্—শিগদবা মীশিংগী; কিম্—কম্নি; উত—হায়গদবা; আশিষঃ—সংসারগী কান্নবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ভগবৎ-ভক্তগা মীৎকুপ অমতং তৌরুবা সঙ্গগী মমলদি স্বর্গগম্মু চাংদম্নবা য়াদে অহুগা মোক্ষগম্মু চাংদম্নবা য়াদে (ভক্ত-সঙ্গহুনা য়াম্না হেন্নী)। অহুনদি শিগদবা মীওইবনা পাম্নিবা লম্বুমগী বাদি কম্নিবুক হায়গনি (কম্নিমু লৈতবনি)।

### নৈনরোল

মায়-মায়বা পোৎপু চাংদম্নবদি য়য়াই। অহুগা শুদ্ধ ভক্ত অমগা তৌরুবা সঙ্গগা চাংদম্নবা পোৎতি কম্নিমতা লৈত্তে। সংসারগী মুংঙাইবদ। সুম্নবা মীতাশিংনা চন্দ্র, বেনস অহুগা ইন্দ্রলোক-নচিংবা স্বর্গগী লোকশিংদা লৈবা পাম্মী অহুগা প্রাকৃত দর্শন বিচারদা চাওখৎলবা মীতাশিংনা মায়ালাং মথল পুম্নমক্তগী লাহোকপা (মোক্ষ) পাম্মী। শেম্বুম ভানবদা নীওবা কায়রবা কনাগুম্বনা

শেহ্‌নম-পামদবা হায়বদি মোক্ষ হায়বদি অপুনর্ভব ( অমুক হন্না পোকপবা) হায়বহ্ পাম্মী। অদুবু ভগবান্‌গী শুদ্ধ ভক্তদি স্বর্গগী নুংঙাইবা হায়বদুসু পামদে অদুগা মোক্ষ হায়বদুসু পামদে। বাহে-অমরোমদা ভগবান্‌গী শুদ্ধভক্তশিংগীদি স্বর্গলোকশিংদা কংবা প্রাকৃত ওইবা মনুঙ্গাইশিংদু মঙঙ্গং-শুম্বা ওয়াক্লি; ভক্তশিংদি সংসারগী অবা-নুংঙাইবগী বাখল্দগী লাম্থোক্লবনিনা। মখোয়দি ভশেংনমক প্রাকৃত জগৎতসু ভশেংনা মুক্ত ওইরবনি। মসিগী অর্থদি অসিনি মহুদি—ভগবান্‌গী শুদ্ধভক্তদি দিব্য (প্রাকৃত-নত্তবা) স্থিতি অমদা হায়বদি ভগবান্‌গী প্রেম-সেবাদা লুপ্তুনা লৈরবনি; হায়রিবা কাংমসি ভক্তগীদি মর্ত্যলোক অমসুং পরব্যোম অনীমক্তা লৈবদা চপ মান্নরা ওইরিবনি। সরকারগী কর্মচারী অমনা মতম পুম্বদা অফিসদা থওদে ময়ুমদা থওদে মকম অতোপ্পা অমদনি থওদে মকম পুম্বদা মহাক অদুম ওইহুনা লৈবগুম ভক্ত অমনসু প্রাকৃত ওইবা পোংতা অমত্তগা মরী লৈতে মরমদি মহাক ভগবান্‌গী সেবাদা পুম্নপ লুপ্তুনা লৈ। মহাক্তি সংসারগী ওইবা করিমতা মঙোন্দা চঙ্ক্রবনিনা নিংথৌ নৎত্রগা নিংথৌরেল্লচিংবগী পদবী কংবগী নুংঙাইবহু মঙোন্দা করিমতা চঙলমদে, করিনা প্রাকৃত সুখ হায়বহুদি হকচাঙ অসিনা উং ওন্‌বগা অদুম লোইগদবা মনুঙ্গাইনি। ভগবৎ-সেবাদি নিত্যনি, লোইথম্বা নাইদে, মরমদি মহু দিব্য ওইবা পোংনি। মরমহুনা শুদ্ধ ভক্তগী মরুদি সংসারগী লম্‌হুমগা থেম্নৈ, মখোয় অনীহু অমগা অমগা চাংদমবা য়াবা নত্তে। সূত গোস্বামীদি ভগবান্‌গী শুদ্ধ ভক্তনি, মরমহুনা নৈমিষারণ্যগী ঋষিশিংগা মহাক্না তোনরম্বা সঙ্গ অদু থাইগীগা মান্নদে। প্রাকৃত জগত্তা ঘোর সংসারীশিংগা তৌবা সঙ্গহু কনানসু পামদে। সংসারী অমবু যোষিৎ-সঙ্গী (নুপী-নহা লোয়নবা) কৌই। সংসার পাম্বা হায়বসিদি মায়া-লাংদা থুরবনি, মরমদি পুক্নিগী কান্নবা চাওথংপা পুন্নমকপু লৈহন্দ্রবনি। সংসার পামদবা হায়বহুনা ভাগবত-সঙ্গী হায়বহুনি, মহাক্তি ভগবান্‌গী নাম, মূর্ত্তি, গুণচিংবগা সঙ্গ তত্তনা তৌই। অসি-গুম্বা সঙ্গবু মতম পুম্বদা পামকম থোকয়ি, সঙ্গ মতাসি লুনা তৌগদবনি, মসি থাগৎনঙাইনি; মসিবু ঐথোয়না পুক্নিগী বাংলেন বাংবা পম্হুংনি হায়না লৌগদবনি।

শ্লোক ১৪

কো নাম তৃপ্যেদ্ রসবিৎকথায়াং<br>
মহত্তমৈকান্ত পরায়ণস্য।<br>
নান্তং গুণানামগুণস্য জগ্মু-<br>
র্যোগেশ্বরা যে ভবপাদ্মমুখ্যাঃ॥ ১৪॥

শব্দার্থ

কঃ—কনানো; নাম—মিং; তৃপ্যেৎ—পুঙপেল পেন্নী; রসবিৎ—রস চুপ্পা হৈবা; কথায়াম্—বারীদা; মহত্তম—জীবলক্তা থাইদগী চাউবা; একান্ত—অমতনা লোম্বা; পরায়ণস্য—চঙজকম ওইবগী; ন—লৈত্তে; অন্তম্—অরোয়ব; গুণানাম্—গুণশিংগী; অগুণস্য—প্রাকৃত গুণ য়াওদবা; জগ্মুঃ—থওবা ওমথি; যোগ-ঈশ্বরাঃ—যোগগী মবুংভোশিং; যে - মখোয়; ভব—ভগবান্‌শিব; পাদ্ম—ভগবান্ ব্রহ্মা; মুখ্যাঃ—মকোকশিং।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

পরমেশ্বর ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণ (গোবিন্দ) মহান্ ওইবা জীবশিংগী অমতা-ওয়রবা চঙকফি অদুগা মহাকী দিব্যগুণশিংদুগী হমথৈ যোগেশ্বর ওইবা ভগবান্ শিব অমসুং ব্রহ্মানকাওবা থওরে। অদুনা রস-চুপ্পা হৈবা কনানা শ্রীকৃষ্ণগী বারী তাবদা পেনবা য়াওবগে?

নৈনরোল

ভগবান্ শিব অমসুং ভগবান্ ব্রহ্মা অনীসি দেবতাশিংগী ময়ক্তা অথোইবনি। মথোয়গী যৌগিক শক্তি য়াম্না লৈ। খুদম ওইনা হায়রগা ভগবান্ শিবনা হু-ঈপাক অমা থকখি, হায়রিবা হুদাসি মরীক অমতনা জীব অমা হাৎপা ঙম্মনি। মতৌ অমুগুম্না ব্রহ্মানা শক্তি-চেন্নবা দেবতা ময়াম করি হায়নি শিবকাওববু সৃষ্টি তৌবা ঙম্মী। মথোয়সি ঈশ্বর হায়বদি ব্রহ্মাওগী মপু ওাক্তনি। অমুবু মথোয় পরা শক্তি চেন্‌বদি নত্তে। পরাশক্তি (পুঙহেন-হেনবা শক্তি) চেন্‌বদি গোবিন্দনি ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনি। মহাক্তি প্রাকৃতনত্তবা গুণচেন্‌বনি, অমুগা মাগী প্রাকৃত-নত্তবা গুণশিংমুগী ঙমখে শিব-ব্রহ্মাগুম্বা যোগেশ্বরশিংনকাওবনা থঙবা ঙমদে। মরমমুনা ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণদি জীবলক্তা পুঙচাউ-চাউবা মীভাশিংগী অমতা-ভায়বা চঙকমি। ব্রহ্মাবু জীব অমনি হায়, অমু ওইরবসু মহাক্তি ঐখোয় লোইনমক্তগী পুঙহেন্-হেন্‌বনি। জীবলক্কী মকোক মানা করিগীদমক ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী লীলা-কথাদা থবাই লুপ্পা করিগীনো? মরমদি শ্রীকৃষ্ণদি মুংঙাইবগী (রসগী) তুঙকমি। মী খুদিংমক পোৎকী মহাও (রস) তনীঙ্ঙী, অমুবু ভগবান্‌গী প্রেম-সেবাদা লুপ্লিবা মীমুদি মপাল্লাইদবা মুংঙাইবা কংজে। ভগবান্দি ঙমখৈনাইদবনি অমুগা মাগী মিং, গুণ, লীলা, পরিকরনচিংবগী ঙমখৈ লৈত্তে। হায়রিবা রসশিংবু চুপ্লিবা মীশিংমু ঙমখৈ নাইদবমখৈ চুপচৈ, অমুনা মথোয়গী পেন্ কৌবা লৈত্তে। বাকমসি পদ্মপুরাণা হায়রি—

রমন্তে যোগিনোঽনন্তে সত্যানন্দচিদাত্মনি।
ইতি রামপদেনাসৌ পরং ব্রহ্মাভিধিয়তে॥

"যোগীশিংনা অদ্বয়তত্ত্ব সত্যদগী ঙমখৈ-নাইদবা প্রাকৃত-নত্তবা মুংঙাইবা কংঙী, মরমমুনা পরব্রহ্ম পরমেশ্বর ভগবানবু রাম হায়না কৌনৈ।"

অসিগুম্বা দিব্য ওইবা কথাদি লোই-থম্না নাইদে। তাইবঙদদি পেন্দুনা লেথোকপা হায়বা বা লৈ, অমুগা দিব্য ওইবা পোত্তাগীদি লেথোকপা হায়বসি লৈত্তে। সূত গোস্বামীনা ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী বারীসি মথা চৎথনা নৈমিষারণ্যগী ঋষিশিংদা লীনিঙঙম্মী অমুগা ঋষিশিংনসু সূত গোস্বামীদগী বারী তত্তনা তানিঙঙী হায়না হঙ্গৎলম্মী। ভগবান্ মশামক দিব্যনিনা মাগী থবকশিংসু দিব্যঙাক্লি; অসিগুম্বা ভগবৎ-কথানা শুদ্ধচিত্ত ওইবা ভাবোকশিংগী লোশন্নীঙবা পুকচেন্দো হেজৎহল্লী।

শ্লোক ১৫

তন্নো ভবান্ বৈ ভগবৎপ্রধানো
মহত্তমৈকান্তপরায়ণস্য।
হরেরুদারং চরিতং বিশুদ্ধং
শুশ্রূষতাং নো বিতনোতু বিদ্বন্॥ ১৫॥

শব্দার্থ

তৎ—মরমমুনা; নঃ—ঐখোয়গী; ভবান্—অদোম্না; বৈ—লেপ্পমক; ভগবৎ— ভগবান্‌গী; প্রধানঃ—মকোক ওইনা; মহত্তম—মহৎমকোক (থ্বাইদগী চাওবা); একান্ত—অমত্তনা লোম্বা; হরেঃ—হরিগী; উদারম্—মীচঙ মীথায়-লাইদবা; চরিতম্—থবকশিং; বিশুদ্ধম্—দিব্য, প্রাকৃত নত্তবা; শুশ্রূষতাম্—শ্রবণ-তৌনিঙবশিংগী; নঃ—ঐখোয়দা; বিতনোতু—লীবিয়ু; বিদ্বন্—হে লাইরীক-হৈবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে সূত গোস্বামী, নহাক লাইরীক-হৈবনি অদুগা ভগবান্গী বিশুদ্ধ ভক্তনি, মরমদি পরমেশ্বর ভগবান্না নহাকী লাৎনকম মকোল্লি। মরমদুনা চান্বিদুনা ভগবান্গী দিব্য চরিত অদু লীবিয়ু, মরমদি অদুগুম্বা য়ারীদু ঐখোয় তাজনিঙ্ঙী।

### নৈনরোল

ভগবান্গী বিশুদ্ধ চরিত্রকী মরমদা য়াঙাঙবা মীদুগীদি পরমেশ্বর ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণবু মাগী অমত্তা ওয়রবা লাৎনকম ওইবনি। অদুগা অসিগুম্বা য়ারী তানীঙবা মীশু ভগবান্গী মরমদা তানীঙবনা খোৎয়াংগনবনি। অসিগুম্বা মীথল অনীসি হায়বদি মতীকচাবা য়াঙাঙবা অদুগা মতীকচাবা য়াতাবা (শ্রোতা) তিল্লবা মতমদুদদা ভগবান্গী মরমদা নৈনবদা চুনৈ। অদুম্না নৈনবদগী শেম্ত্তান্বা বক্তা অমদি মায়াদা লুপ্পা শ্রোতাশিংনা অদুক য়াম্না কান্নবা ফংবা ঙম্মোই। শেম্ত্তানবা বক্তাশিংমা মখোয়গী ইমুং-মন্নুং থাল্লবা হায়দুনা ভাগবত-সপ্তাহ হায়দুনা কুম্মৈ উৎপগুম উৎলী, অদুগা সংসার-মায়াদা তাঙবা মীতাশিংনা অসিগুম্বা ভাগবত-সপ্তাহদুগী নৈনববু শ্রবণ তৌরি মরমদি মদুম তৌরগা মখোয়গী ধর্ম্ম-অর্থ-কাম-মোক্ষ পুরুষার্থ মরিদু ফংগদবোই নীঙবদগীনি। মসিগুম্বা ভাগবতসপ্তাহদি সংসারগী-মায়াগী অমোৎপা কোক্তবা তাত্তানি। অদুগা নৈমিষারণ্যগী ঋষিশিংগা শ্রীসূত-গোস্বামীগা নৈনরম্বা কথাদি দিব্যচরিত ওাক্তনি। মদুদা লম্ভ্রমচিংবা ফংনীঙবগী য়া লৈতে। অদুম্না নৈনবদদি চিন্ময় আনন্দগী মহাও অদু বক্তা শ্রোতা অনীমক্তা ফংঙী; মরমদুনা মখোয়না চহী লীশীঙ কয়ারোম চুপ্পা বিষয়শিংদু নৈনরম্লিবনি। হৌজিক্তি ভাগবত-সপ্তাহ হায়না তৌনরিবসি মুমীৎ তরেৎনী-থক্তং তৌরে, অদুদগী তরেৎনীগী কুম্মৈ-লোইরবা মতুংদা শ্রোতা-বক্তা অনীমক হায়গী মতৌগুম্না সংসার-বিষয়াদা অমূক চোংশল্লে। মখোয়না অদুম্না তৌবগী মরমদি বক্তা ওইরিবা মীদু 'ভাগবত-প্রধান' হায়বদুগুম্বা নত্তে অদুগা শ্রোতাশিংসু 'শুশ্রূষতাম্' হায়বা মথক্তা পন্থিবা অদুগুম্বা নত্তে।

### শ্লোক ১৬

স বৈ মহাভাগবতঃ পরীক্ষিদ্
যেনাপবর্গাখ্যমদভ্রবুদ্ধিঃ ।
জ্ঞানেন বৈয়াসকিশব্দিতেন
ভেজে খগেন্দ্রধ্বজপাদমূলম্ ॥ ১৬॥

### শব্দার্থ

সঃ—মহাক; বৈ—লেপ্লমক; মহাভাগবতঃ—ভক্তমকোক; পরীক্ষিৎ—পরীক্ষিৎ মহারাজ; যেন—মদুনা; অপবর্গ-আখ্যম্—মুক্তি কৌবা; অদভ্র—লেঙদবা; বুদ্ধিঃ—লৌশিং; জ্ঞানেন—জ্ঞানা; বৈয়াসকি—ব্যাসগী মচানুপা; শব্দিতেন—খোঙ্খোরকপা; ভেজে—লেবা তৌখি; খগ-ইন্দ্র—উচেক-নিংথৌ গরুড়; ধ্বজ—ফীরান; পাদমূলম্—খুয়া।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(হে-সূত গোস্বামী) ভক্তমকোক বুদ্ধি-কন্না পরীক্ষিৎ অদুনা, ব্যাসগী মচানুপা শুকদেবগী মকমদগী জ্ঞান ফংলগা গরুড়-তোংবা ফীরান্না মাগী ওইবা অদুগুম্বা শ্রীকৃষ্ণগী খুয়া ফংবা কৌবা মোক্ষ ফংখিবগী য়াদো (ঐখোয়দা) লীবিয়ু।

## নৈনরোল

মুক্তিগী লম্বী-পাংবা মীত্তাশিংগী মরক্তা মত খেন্নবা অমা লৈ। অসিগুম্বা পরমার্থীশিংসি নির্ব্বিশেষবাদী অমসুং ভগবদ্ভক্ত হায়না খণ্ডনৈ। ভগবদ্ভক্তনা ভগবান্গী দিব্যমূর্ত্তিবু লাংলী অদুগা নির্ব্বিশেষবাদীশিংনা ভগবান্গী হকচাঙদগী থোরকপা ব্রহ্মজ্যোতি কৌবা মঙান্দু ধ্যান তৌই। নৈনরিবা শ্লোকসিদা হায়রিবনা ব্যাসগী মপারি শ্রীলশুকদেব গোস্বামীনা তাক্লবা জ্ঞানগী মতেঙনা মহারাজ পরীক্ষিৎনা ভগবান্গী খোঙ-থম্বাল ফংখি হায়বসিনি। শুকদেব গোস্বামীসি অহান্বদা নির্বিশেষবাদী অমা ওইরম্মী হায়বসি মশামক্তা হায়রম্মী হায়না ভাগবতম্দা (২।১।৯) য়াওরি, মতুঙদা ভগবল্লীলানা মাগী থম্মোইবু হুখিদুনা মহাক ভক্ত অমা ওইখিবগী ঋারি য়াওরি। অসিগুম্বা মপুঙফাবা জ্ঞান ফংলবা ভক্তশিংবু মহাভাগবত হায়বদি ভক্তমকোক হায়না খণ্ডনৈ। ভক্ত মথল অহুম্রি, মহুদি প্রাকৃত, মধ্যম অমসুং মহাভাগবত। প্রাকৃত হায়বা অহুমশুবা থাক্কী ভক্তশিংদি মন্দির-লাংপা ওাক্লি, মখোয়দি ভগবান্গী অমসুং ভগবদ্ভক্তগী খোইদোকপা তত্ত্বজ্ঞান খঙদে। মধ্যম হায়বদি ময়ায়-ওইবা ভক্তনা ভগবান্বু, ভগবান্গী ভক্তশিংবু, ভক্ত শোয়নৌবু অমসুং অভক্ত-মত্তবা মীশিংবুসু মুন্না খঙই। অদুগা মহাভাগবতশিংনা হায়বদি মকোক-ওইবা থাক্কী ভক্তশিংম্বা পোৎ থুদিংগা মরী লৈননা লৈবা ভগবান্নি হায়না উই। মহারাজ পরীক্ষিৎতু অসিগুম্বা মহাভাগবত অমনি মরমদি মহাকপু মহাভাগবত শুকদেব গোস্বামীনা দীক্ষা পীরম্মী। মহাক্তি কলি কাওবগী মফমদা কাওবা মুংশিংইরম্মী, অতৈগী ঋাদি কৰি অমুক হায়গনি।

অদুনা নির্বিবশেষবাদীশিংনা তুংদা ভক্ত ওইরকপগী ঋা য়াওবা পৃথিবীদা পরমার্থগী ইতিহাস-শিংদগী থুদম য়াম্না ফংগনি। অদুগা ভক্ত অমনদি কদৌঙৈদসু নির্ব্বিশেষবাদী অমুক ওইবদি কদৌঙৈদসু য়াওদ্রি। ঋাকমসিনা প্রমাণ ওইদুনা তাক্লিবদি অসিনি মহুদি পরমার্থগী খোঙচৎতা ভক্তগী খোঙথাঙনা নির্বিবশেষবাদীগী খোঙথাঙদগী ঋাংবা হেল্লী। ভগবদগীতাদসু হায়রি (১২।৫) মহুদি—নির্বিবশেষবাদীশিংনা হেন্না ঋাবা ফংই মখোয়গী নীঙবদু ফংবদা। মরমদুনা শুকদেব গোস্বামীনা মহারাজ পরীক্ষিৎতা তাকখিবা জ্ঞান অদুগী মতেঙনা মহারাজ পরীক্ষিৎনা ভগবানগী সেবা ফংখি। মতাং অসিবু অপবর্গ হায়বদি মোক্ষগী মপুঙ ফাবা মতাঙ কৌই। মোক্ষগী অচম্বা জ্ঞান হায়বদুদি প্রাকৃত জ্ঞান কৌই। মায়া-লাংদগী পুঙলান-লাম্বোকপবু মোক্ষ কৌবনি অদুগা ভগবান্গী সেবা ফংববু মোক্ষগী অরোইবী মতাঙ কৌই। অসিগুম্বা মতাঙবু ফংবদি জ্ঞান অমসুং বৈরাগ্যদনা মতেঙ ওইরগা ফংঙী হায়না ঐখোয়না মথক্তা ব্যাখ্যা তৌদ্রে (ভাগবত ১২।১২) অদুগা শ্রীশুকদেব গোস্বামীনা পীরম্বা মপুঙফাবা জ্ঞানগী ফল ওইনা ভগবান্বু সেবা তৌবা ফংজৈ।

## শ্লোক ১৭

তদ্বঃ পরং পুণ্যমসংবৃতার্থ-
মাখ্যানমত্যদ্ভুতযোগনিষ্ঠম্।
আখ্যাহ্যনন্তাচরিতোপপন্নং
পারীক্ষিতং ভাগবতাভিরামম্ ॥১৭॥

## শব্দার্থ

তৎ—মদু; নঃ—ঐখোয়দা; পরম্—পুঙথোই-খোইবা; পুণ্যম্—শেংদোকপাই ওইবা; অসংবৃত-অর্থম্—ওইরিবা কীভমগী; আখ্যানম্—ঋারী; অতি—য়াম্না; অদ্ভুত—ঙকপা; যোগনিষ্ঠম্—

ভক্তিযোগদা লুপ্না; আখ্যাহি—লৌবিয়ু; অনন্ত—লোই-থদ্রবা-লৈত্তবা; আচরিত—তৌরম্বা থবকশিং; উপগন্ম্ম্—থন্নবা; পরীক্ষিতম্—মহারাজ পরীক্ষিৎতা হায়খিবা; ভগবত—শুদ্ধভক্তশিংগী; অভিরামম্ পামজবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অনন্ত ভগবানগী বারীশিংদু ঐখোয়দা লৌবিয়ু, মরমদি বারীশিংদু পুন্নমক্তগী থোইবা অমসুং পবিত্র ওইহন্-ওবা ঙাক্লি। মখোয়দু মহারাজ পরীক্ষিৎতা লৌখিবানি; অদুগা বারীশিংদু ভক্তিযোগগী ওইবা ঙাক্তনিনা শুদ্ধ ভক্তশিংনা পাম্নবা বারী ঙাক্লি।

নৈনরোল

মহারাজ পরীক্ষিৎতা লৌখিবা অদুগা ভক্তশিংনা পাম্নবা বারীদু শ্রীমদ্ভাগবতন্নি। অনন্ত পরং ওইবা শ্রীভগবান্‌গী বারীনা শ্রীমদ্ভাগবতম্ বিক থল্লী। মরমদুনা মসি ভক্তিযোগগী বিজ্ঞান হায়বদুনি। মরমসিনা মসি পর-নি (পুন্নথোই থোইবনি) মরমদি মসিদা য়াওরিবসি জ্ঞান অমসুং ধর্মগী বা ঙাক্তনি, মসি ভগবানগী ভক্তিযোগনা মরল ওইবা বা ঙাক্তনি।

শ্লোক ১৮

সূত উবাচ
অহো বয়ং জন্মভৃতোহদ্য হাস্ম
বৃদ্ধানুবৃত্ত্যাপি বিলোমজাতাঃ।
দৌষ্কুল্যমাধিং বিধুনোতি শীঘ্রং
মহত্তমানামভিধানযোগঃ ॥ ১৮ ॥

শব্দার্থ

সূতঃ উবাচ—সূত গোস্বামীনা হায়রম্মী; অহো—করম্না; বয়ম্—ঐখোয়; জন্মভৃতঃ—পোকপগী মহৈ য়াম্নবা মী; অদ্য—ঙসি; হ—শেংনা; আস্ম—ওইরে; বৃদ্ধ-অনুবৃত্ত্যা—থওঃ-চৈরবা অহলশিংগী সেবা তৌদুনা; অপি—সু; বিলোমজাতাঃ—বর্ণ য়াম্নবা মীশিং; দৌষ্কুল্যম্—জাৎ তাবা; আধিম্—পুক্নীং-লুংঙাইতবা; বিধুনোতি—কোকুহল্লী; শীঘ্রম্—থুনমক; মহত্তমানাম্—অচৌবশিংগী; অভিধান—বারীশাবা; যোগঃ—মরী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীসূত গোস্বামীনা হায়রম্মী—ঐখোয় বর্ণ-য়াম্নবা মপোক্কী মীতা ওইরবসু জ্ঞান-লৈরবা অহল-লমনগী সেবা তৌদুনা ঐখোয়গী বর্ণসি হাইগৎলকপনি। অসিগুম্বা মহৎশিংগা বারী বাতায় শান্নবদগী ঐখোয় অতোন্‌বা মপোক্তা পোকপ্লি হায়বগী পুক্নীং-লুংঙাইতবদু থুনমক কোক্লে।

নৈনরোল

সূত গোস্বামীদু ব্রাহ্মণগী ইমুঙদা পোকপা নত্তে। মহাক বর্ণ-য়াম্নবা মী অমনি হায়বদি হৌন-থঙদবা অতোন্‌বা পরিবারদা পোকপনি। শ্রীশুকদেব গোস্বামী অদুগা নৈমিষারণ্যগী মহর্ষিশিংগুম্বা অবাংবা মীগা সঙ্গ তৌরবদগী তোঙবা মপোক্কী দোষ অদু চামথোকখ্রে। বৈদিক মতম্মগী চৎনবী তুং ইন্না হায়রিবা নীতিসি ভগবান্ শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা ইন্নম্মী; মহাক্না সঙ্গ তৌবদগী মতাক্না জাৎ-তোন্‌বা হায়বদি মপোক্কী ওইনা নত্রগা কর্মনা জাৎ-হন্নরবা মীতাশিংবু ভক্তিগী অবাংবা থাক্তা

থাংগৎলম্মী অমসুং মখোয়বু আচার্য্য ওইহল্লিখি। কনাগুম্বা অমনা ব্রাহ্মণ ওইসন্থু নত্রগা শূদ্র ওইগে ওইসন্থু অমসুং সমাজগী আশ্রমদা গৃহস্থবু ওইরবস্থু নত্রগা সন্ন্যাসীবু ওইরবস্থু মহাক্না কৃষ্ণতত্ত্ব খঙলবদি মহাকপু আচার্য্য হায়বদি গুরু ওইনা লৌবা য়াই।

সূতগোস্বামীদি শুকদেব অমসুং ব্যাসদেবগুম্বা মহর্ষি অমসুং মহাজনশিংদগী কৃষ্ণতত্ত্ব খঙলম্মী, অদুনা মহাক মতীক কয়ামুক চারম্বগে হায়রবু নৈমিষারণ্যগী ঋষিশিংনা মহোৎগী শ্রীমদ্-ভাগবতম্গী শক্লোয়বা কৃষ্ণতত্ত্বদু শ্রবণ তৌজবা খোয়াংনা পামজখি। অদুনা মহাক শ্রবণ অমসুং প্রচার তৌদুনা মহাত্মাশিংগা সঙ্গ ময়োল অনী ফংজখি। পারমর্থিক তত্ত্ব হায়বদি কৃষ্ণ তত্ত্ব হায়বসি মহাজনশিংগী মফমদগী তময়দবনি, অদুগা তত্ত্বদু প্রচার তৌরগদি মহাক অদু অমুক হেন্না মতীক চারকয়ি ময়মদুনা সূতগোস্বমীদি সুবিধা অনীমক ফংখি। অদুনা মহাক্না জাৎ-হুম্বদা পোকপগী দোষশিং অমসুং মদুগীদমক ওইবা পূক্লীং-মুংঙাইতবা পুঙকোক হেক কোকয়ি। নৈনরিবা শ্লোকসিনা প্রমাণ ওইনা তাকপদি অসীনি মদুদি—শ্রীলশুকদেব গোস্বামীনা সূত গোস্বামীদা পারমার্থিক তত্ত্ব তাকপিবদা য়াদবা তৌখিদে অমসুং নৈমিষারণ্যগী ঋষিশিংসু সূত গোস্বামীদগী শিক্ষা ফংবদা মহাকপু জাৎ তোল্লী হায়দুনা হন্জোইখিদে। মসিগী অর্থদি চহী লীশীঙ কয়ামুক্কী মমাঙদা শাগৈ-জাৎ তোন্‌বনা ময়ম ওইদুনা পরমার্থগী শুদ্ধ তত্ত্বদা নত্রগা প্রচার তৌবদা অথীঙবা লৈরমদে। হিন্দু সমাজগী বর্ণধর্ম্মগী চেৎশন্‌বসি অরাংবা বর্ণগী ইমুংদা ব্রহ্মবন্ধু হায়বদি অধিকার-লৈতবা মীতা য়াম্না লৈরক্লবা মতমদা হায়বদি চহী চনীরোমগী মমাঙ অদুরাইদগী হৌখিবনি। ভগবান্ শ্রীচৈতন্যনা বৈদিক নিয়ম অদু অমুক হিংগৎহন্‌খি, অদুনা মহাক্না হরিদাস ঠাকুরবু নামাচার্য্য হায়বদি শ্রীহরিগী নাম প্রচারগী ওজা ওইহন্‌খি, তৌবগীবুদি হরিদাস ঠাকুর মশাদি মুসলমানগী ইমুঙদা পোকয়ি হায়বগী মুংঙাইতবা তৌরমদে।

ভগবান্‌গী শুদ্ধভক্তশিংগী শক্তিদি মতৌ অসিগুম্বনি। গঙ্গাজলদি পবিত্রনি হায়না লৌনৈ, অদুন্না মীপুম খুদিংনা গঙ্গাস্নান তৌরগা মশাবু পবিত্র (শেংদোক্লবা) ওইহন্‌বা ঙম্মী। অদুগা ভগবান্‌গী মহদ্ভক্তশিংগী বাদি করি হায়নি, মখোয়দি মখোয়বু উবদদা জাৎ-তোন্‌বা মীবু পবিত্র ওইহল্লী, অদুনদি মখোয়গা সঙ্গ তৌক্লরগদি করিমুক ওইগনি। ভগবান্ শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা মতীকচারবা ধর্মপ্রচারক পৃথিবীপুম্বদা থাদুনা মোৎলবা পৃথিবীগী নম্‌থীবা মুংশীৎপু শেংদোক্লীংখি। মহাপ্রভুগী থবকসি নিয়ম নাইনা নাত্তৈচানা পায়থৎলগা মীয়মচংকী থ্বাইদগী ফবা থবক তৌগে হায়বগী বাদি ভারতমচাগী বাথন্দা লৈরে। হৌজিককালগী মীয়েংলগী পূক্লীংগী অনাবদি হকচাঙগী লাঙ্গনাদগী হেন্না শাথীরে; অদুনা শ্রীমদ্ভা-গবতম্‌সি থুনমক পৃথিবী পুম্বদা প্রচার তৌবগী থবক পায়থৎপনা মতীক চপ চারবনি হৌজিক। 'মহাত্মানাম্ অভিধান' হায়বগী অর্থদি মহৎ ভক্তশিংগী অভিধান (খোঙলী থিফম) নত্রগা মহৎ-ভক্তশিংগী মবাহৈনা থল্লবা লাইরীক হায়বনি। মহৎভক্তশিংগী মবাহৈ অদুগা ভগবান্‌গী মবাহৈদি বেদদা অমসুং বেদগা মরীলৈনবা সাহিত্যদা থোইদোক-হেন্দোক্না শ্রীমদ্ভাগতম্‌দা য়াওরি।

শ্লোক ১৯

**কুতঃ পুনর্গৃণতো নাম তস্য মহত্তমৈকান্তপরায়ণস্য।**
**যোঽনন্তশক্তির্ভগবাননন্তো মহদ্গুণত্বাদ্যমনন্তমাহুঃ ॥ ১৯॥**

শব্দার্থ

কুতঃ—করি হায়নি; পুনঃ—অমুক হন্না; গৃণতঃ—শকৃশোল্লিবা; নাম তস্য—মাগী নাম (শ্রীহরিগী); মহৎ-তম—অচৌবা ভক্ত; একান্ত—অমতনা লোম্বা; পরায়ণস্য—থমথেংনা লৈশন্নবা মাগী; যঃ—মহাক;

অনন্তঃ—ওমথৈ-লৈতবা; শক্তিঃ—শক্তি; ভগবান্—ভগবান্; অনন্তঃ—লোইথহানাইদবা; গুণত্বাৎ—গুণ লৈবা মরম্না; যম্—মহাকপু; অনন্তম্—অনন্ত; আহুঃ—কৌয়ি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ওমথৈনাইদবা মপু মহাকী মিংথৈ শকশোল্লিবা অচৌবা ভক্তশিংনা লূচিংবা মীতাশিংহুগী যাবু করি অমুক হায়রুগনি ? ওমথৈনাইদনা শক্তি-চেন্‌বা অমম্লুং দিব্যগুণথিক্কী মপু ওইবা পরমেশ্বর ভগবান্দি অনন্ত ওমথৈ-নাইদবা কৌই।

নৈনরোল

অরাংবা বর্ণদদি পোক্লগা লাইরিক-লাইগুদি খঙদবা বুদ্ধি-থেন্‌বা দ্বিজবন্ধু (ব্রাহ্মণগা মরী লৈনবা) হায়বা মীতাশিংনা বর্ণ-তোন্‌বা মীনা হন্দক-মপোক্তা ব্রাহ্মণ ওইরকপদা য়ানীংদহুনা য়াম্না য়েংলী। মখোয়না হায়—শূদ্র নত্রগা শূদ্রদগী হেন্না তোন্‌বা ইমুংদা পোকপা হায়বসে নহানমুকী মপোক্তা ভোরকপা পাপকী মহৈ চাবনি, অদুনা অতোনবা মপোক্তা পোকপগী অরাবশিংদুনা লোইত্রিব-ক্কাওবা থাঙগদবনি। অসিগুম্বা ওইদবা বায়েৎপশিংদা পাউথুম্নবা শ্রীমদ্ভাগবতম্না হায়—কনাগুম্বনা শুদ্ধ ভক্ত অমনা তাকপিবা মতুং ইন্না হরিনাম শোল্লবদি মপোক অতোন্‌বদা পোক্ল্‌বগী খুদোং-থীবশিংদু কোকই। শুদ্ধ ভক্তদি হরিনাম শোন্‌বা মতমদা অপরাধ অমতা তৌদে। ভগবান্‌গী নাম শোন্‌বগী মতাঙদা লৈবা অপরাধগী মশীঙ তরানি। শুদ্ধ ভক্তনা তাকপিবা মতুং ইন্না নাম শোন্‌বদি অপরাধ-য়াওদবা মশোন্নি। অপরাধ-য়াওদবা নামকীর্ত্তনদি প্রাকৃত নত্তে, মরমদুনা অসিগুম্বা মওংগী নাম-কীর্ত্তন্না নাম-শোল্লিবা মীদুগী হৌথিবা মপোক্তা তৌথিবা পাপ পুম্নমক কোকহল্লী। নিরপরাধ নাম-কীর্ত্তন অসিনা তাকপদি নামশোল্লিবা মীদুনা হরিনামগী দিব্য ওইবা ভাব অদু খঙলে হায়বা অমম্লুং মহাক মশাবু ভগবান্দা কৎথোক্লে হায়বা তাকপনি। ভগবান্‌গা ভগবান্‌গী নামগা অদ্বয়তত্ত্ব ওাক্তনিনা করিমতা খেন্নদে। ভগবান্‌গী নামসু ভগবান্‌গা চপ-মান্নবা শক্তি চেল্লী। ভগবান্দি শক্তি পুম্বনা তিন্‌বা পরমেশ্বরনি অদুগা মহাকী নামসু শীঙ-নাইদনা লৈ, নাম খুদিংমক ভগবান্‌গা অমতনি, তোঙান্নদে অদুগা শক্তিসু চপমান্নবা চেল্লী। ভগবদ্গীতা বারোয়দা হায়রি—কনাগুম্বনা মশাবু ভগবান্দা কৎথোক্লবদি ভগবান্‌গী কৃপানা মীদুগী পাপ পুম্না ওাকথোকই। ভগবান্‌গা মাগী মিংগা তোঙানবা নত্তবনিনা ভগবান্‌গী পবিত্র নাম শোন্‌বা অতোন্‌বা বর্ণদ পোক্ল্‌বগী খুদোংথিবা ময়ামদুদগী নাম-শোন্‌বা মাবু শূকশোর শোয়-দনমক কন্‌বী। ভগবান্‌গী অনন্ত শক্তি ভক্তশিংগী অমম্লুং অবতারশিংগী অনন্ত গুণা অসুম অসুম ওমথৈ লৈতনা শন্দোরকই। মতৌ অসুম্না ভগবান্‌গী অমম্লুং মহাকী অবতারশিংগী ভক্ত খুদিংমক্না ভগবান্‌গী শক্তিদু চপমান্নবা ফংঙী। ভক্তদা ভগবানগী শক্তি চঙলবনিনা, অদুগা চঙবদু মচেৎ থিত্তা চঙলবসু, অতোনবা মপোক্তা পোকপগী খুদোংথীবনা কক্কিদু তৌবা ওমদ্রে।

শ্লোক ২০

এতাবতালং ননু সূচিতেন গুণৈরসাম্যানতিশায়নস্য।
হিত্বেতরান্ প্রার্থয়তো বিভূতির্যস্যাঙ্ঘ্রিরেণুং জুষতেহনভীপ্সোঃ ॥২০॥

শব্দার্থ

এতাবতা—হৌজিক ফাওবা; অলম্—কায়দে; ননু—তৌবা তাবদা; সূচিতেন—হায়রনা; গুণৈঃ—গুণশিংনা; অসাম্য—ভমখৈনাইদবা; অনতিশায়নস্য—কনানস্থ হেন্দ্রবা মহাক্কী; হিত্বা—থাদোক্লদা; ইতরান্—অতৈশিং; প্রার্থয়তঃ—নিরিবশিংগী; বিভূতিঃ—লক্ষ্মীগী কৃপা; যস্য—মহাক্কী; অঙ্ঘ্রি—খোঙ; রেণু—উকুল; জুষতে—সেবা তৌই; অনভীপ্সঃ—তৌনীঙদবা মাগী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাকনে (পরমেশ্বর ভগবান্‌সে) ভমখৈনাইদবনি হায়বা অতুগা মহাক্কা মান্নবা অমা লৈতে হায়বসি হৌজিক্তি খঙলে। মরমতুনা কনামতনা ভগবান্ মাগী মরমদা চপচানা য়া হায়বা ঙম্মোই। দেবতাশিংনা প্রার্থনা তৌতুনস্থ লক্ষ্মীদেবীগী কৃপা ফংদে, অতুগুম্বী লক্ষ্মীনা ভগবান্‌বু সেবা তৌরিবা, তৌবগীবুদি ভগবান্নদি সেবাতু পামদে।

নৈনরোল

পরমেশ্বর পরব্রহ্মগীদি করিস্থ তৌনীঙঙায় লৈতে। মহাক্কা মান্নবস্থ অমতা লৈতে। কনানস্থ মঙোন্দগী হেন্দে। মহাক্কী অনন্ত শক্তি লৈ অতুগ। মাগী থবক খুদিংমক পথাপ নাইনা মহাক্কী হৌনবী মওংদা মপুঙ ফানা পাঙথোকয়ি। মরমতুনা পরমেশ্বর ভগবান্দি মশানা অতুম পূর্ণ (মপুঙ-ফাবা) ওইবনি অতুনা মানা কনাদগীস্থ করি হায়নি ব্রহ্মানচিংবা দেবতাশিংদগীস্থ করিমতা লৌনঙাই লৈতে। কনা কনা লক্ষ্মীদেবীদা চানবিনবা প্রার্থনা তৌজৈ, অতুম তৌন-তৌনমক মহাক্কা চানবীদবা য়াওরি। মঙোন্দগী করিমতা পরমেশ্বর ভগবান্না পামন্দ্রবস্থ মহাক্কা ভগবান্‌গী সেবা অতুম তৌরি। পরমেশ্বর ভগবান্না পুরুষ-অবতার ক্ষীরোদকশায়ী ওইনা ব্রহ্মাবু প্রাকৃত জগৎকী ইহান্-হান্‌বা সৃষ্টি ওইনা মহাক্কী খোয়দৌ-থম্বান্দগী পুথোকয়ি; মহাকপু মতমপুম্বদা সেবা তৌরিবী লক্ষ্মী দেবীগী গর্ভদগী পুথোক্তে। খুদম থরসি ভগবান্না মনীঙ-তম্বা অমদি মপুঙ-ফাবা ওইবগী খুদম ঙাক্লি। মহাক্কী তৌনঙাই থবক করিমতা লৈতে হায়বসিনা মহাকপু নির্বিশেষ-নি (শক্লাইদবনি) হায়বা নত্তে। মহাকসে বাথন্না লাম্ব-ফংদবা শক্তিনা থন্‌বগে হায়ববু মানা নীঙবতদা থবক পুন্নমক ওই, থবক পাঙথোকপদা হকচাঙ-কায়াৎনা নোম্-খোৎপা অমতা য়াওদে। মরমতুনা মহাকপু যোগেশ্বর হায়বদি যৌগিক শক্তিগী মপু কৌয়ি।

শ্লোক ২১

**অথাপি যৎপাদনখাবসৃষ্টং জগদ্বিরিঞ্চোপহৃতার্হণাম্ভঃ।**
**সেশং পুনাত্যন্যতমো মুকুন্দাৎ কো নাম লোকে ভগবৎপদার্থঃ ॥২১॥**

শব্দার্থ

অথ—মরমতুনা; অপি—লেপ্পমক; যৎ—মহাক্কী; পাদ-নখ—খোঙগী খুজীন; অবসৃষ্টম্—থোরকপা; জগৎ—জগৎ; বিরিঞ্চ—ব্রহ্মাজি; উপহৃত—লৌথিবা; অর্হণ—পূজা; অম্ভঃ—ঈশীং; স—লোয়ননা; ঈশম্—শিব মহাদেব; পুনাতি—শেংদোকয়ি; অন্যতম্—কনা অতোপ্পনা; মুকুন্দাৎ—মুকুন্দ শ্রীকৃষ্ণ ভগবান্দগী; কঃ—কনা; নাম—মিং; লোকে—জগতা; ভগবৎ—পরমেশ্বর ভগবান্; পদ—নফম; অর্থঃ—মতীক চাবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণ নত্তনা পরমেশ্বর ভগবান্ হায়বা মিংসি কৌবদা মতীকচাবা কনা লৈবগে? মহাক্কী খোঙগী খুজীন্দগী খোরকপা লাইজবু ভগবান্ শিবগী মকোক্তা পূজা তৌবগী ওইনা হাপ্লবা হায়তুনা ব্রহ্মানা লৌখি। হায়রিবা লাইজসি (গঙ্গা) শিব মহাদেববুসু য়াওনা জগৎ পুম্ববু পবিত্র (শেংবা) ওইহল্লী।

নৈনরোল

খঙদবশিংনা বৈদিক সাহিত্যশিংদা লাইয়াম পুখোকপদি পুঙলাল লান্বা য়ানি। ভগবান্দি অনী গুদে, অত্তুবু মহাক্কা মশামকপু মওং মথন মখন্দা প্রকাশ তৌরি। য়াফমসি বেদনা হায়বা য়ানি। ভগবান্গী অসিগুম্বা প্রকাশ (শকফোঙ) মশীঙ নাইদে, অত্তুমদি ওইরগা মখোয় খরদি জীবশিংনি। জীবশিংদি ভগবান্গী প্রকাশ অমদি বিলাস (শককোং) হায়বত্তুগা চপ মান্ননা শক্তি চেন্দে। অত্তুনা প্রকাশ অনী লৈ। ব্রহ্মাসি জীব অমনি অত্তুগা শিব মহাদেবনা ভগবান্ অমসুং জীবগী মরক্তি। য়াহৈ অমরোমদা হায়রগা, ব্রহ্মা অমসুং শিবজিগুম্বা দেবতা মরক্তা খ্বাইদগী অথোইবা মখোয়সি কাওবা পরমেশ্বর ভগবান্ শ্রীবিষ্ণুগা মান্নদে অত্তুগা শ্রীবিষ্ণুদগীসু হন্দে। লল-লাইরেম্মা লক্ষ্মীদেবীসু শক্তিপুম্বা-চেল্লিবা শিব-ব্রহ্মাসু বিষ্ণুগী হায়বদি শ্রীকৃষ্ণগী সেবা তৌয়ি। মরমসিনা মুকুন্দ (শ্রীকৃষ্ণ) হায়বসিদগী হেন্না শক্তি-চেন্বা তশেংনা পরমেশ্বর ভগবান্ কৌবদা মতীকচাবা কনামা লৈবগে? লৈরেম্মা লক্ষ্মীজি, ভগবান্ শিবখোয়দি নীঙতম্মা শক্তিমাম্ ওইবা নত্তে; মখোয়দি পরমেশ্বর ভগবান্গী প্রকাশ ওইনা শক্তি-চেঙবনি; মখোয় লোইনমক পরমেশ্বর ভগবান্বু প্রেম-সেবা তৌয়ি, মতৌ অত্তুম্মা জীবশিংসু তৌরিবনি। ভগবান্গী ভক্তসম্প্রদায় মরিথক লৈ, মরুওইবা অত্তুমদি ব্রহ্মসম্প্রদায়, রুদ্র সম্প্রদায় অমসুং শ্রীসম্প্রদায় অসিনি। ব্রহ্ম সম্প্রদায়না ব্রহ্মাগী অত্তুগা রুদ্রসম্প্রদায়না শিবগী অত্তুগা শ্রীসম্প্রদায়না লক্ষ্মীজিগী সেবক-শাখা ওারক্তি। অত্তুমসি নত্তবা সনৎকুমারগী সেবকশাখা কুমার সম্প্রদায় হায়বা অমসু লৈ। হৌরকপদগী লৈরক্লবা সম্প্রদায় মরিসি হৌজিককাওবা পরমেশ্বর ভগবান্গী সেবা তৌরিবনি, মখোয়না হায়—শ্রীকৃষ্ণ মুকুন্দনা পরমেশ্বর ভগবান্নি, মহাক্কা মান্নবা নত্রগা মওোন্দগী হেন্বা কনামত্তা লৈত্তে।

শ্লোক ২২

যত্রানুরক্তাঃ সহসৈব ধীরা
ব্যপোহ্য দেহাদিষু সঙ্গমূঢ়ম্।
ব্রজন্তি তৎপারমহংস্যমন্ত্যং
যস্মিন্নহিংসোপশমঃ স্বধর্মঃ॥ ২২॥

শব্দার্থ

যত্র—মত্তুদা; অনুরক্তাঃ—লুপ্নবা; সহসা—থুঙহৌদনা; এব—লেপ্পমক; ধীরাঃ— ফিংদবা, পুক্নীং কাজল্লবা; ব্যপোহ্য—লংশেত্তুনা; দেহ—হকচাঙ অমসুং পুক্নীং; আদিষু—অসিনচিংবদ; সঙ্গম্—হকচন্বা; ঊঢ়ম্—পুশল্লবাঃ ব্রজন্তি—চৎলী; তৎ—মত্তু; পার-হংস্যম্—অকানম্বী থম্মোংবা মওাং;

অন্বয়ম্—অমসুং মহুগী বাংমদা; যস্মিন্—মহুদা; অহিংসা—হাৎনীঙদবা; উপশমঃ—অচুগা থাদোকপা; স্বধর্ম্মঃ—মশানা ওইজরকপা মথৌ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

বুদ্ধি-থৌবা মীতাশিংনা ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণদা থবাই হকচন্‌বা মরম্না খঙহৌদবমখৈ হকচাঙ অমসুং পুক্নীংগা লোয়ননা মায়াগী সংসারবু থাদোকপা ঙম্মী অচুগা অহিংসা অমসুং থাদোকপা অনীসি ওইরকদবা সন্ন্যাস ধর্ম্মহ কংননবা চৎথোক্লকপা ঙম্মী।

নৈনরোল

মশাবু কাজন্-ঙম্বা বুদ্ধি-থৌবা মীতাশিংতনা অস্কম অস্কম কাখৎলক্লুনা পরমেশ্বর ভগবান্দা মশাবু পুম্নপ-লুপশন্‌বা ঙম্মী। মশাবু-কাজন্-ঙম্বা হায়বসি কা-হেন্না ইন্দ্রিয়গী মুংঙাইনবা তৌদবা হায়বনি। মশাবু-কাজন্-ঙমদবা মীতাশিংনা ইন্দ্রিয়-সুখদা লুপ্পী। চগংনবা দার্শনিক বিচারদি পুক্নীংগী অকুপ্পা মওংদা তৌবা ইন্দ্রিয়-ভোগ অমনি। ইন্দ্রিয়-ভোগ হায়বসিনা মীবু অমম্বগী মায়কৈদা লমজিঙই। মশাবু কাজন্-ঙম্নবা মীতানা মায়া-সংসারগী পুন্সি-বাংমদা কারকপা ঙম্মী। মরমমহুনা বেদনা হায়—ঐখোয়না অমম্বগী লম্বীদা চৎলোইদৌবনি, অচুগী মহুত্তা মঙানুগী হায়বদি মুক্তিগী লম্বীরোমদা পাংগদবনি। মশাবু কাজন্‌বা (ইন্দ্রিয় খুচুম চন্‌বা) হ য়বসি ইন্দ্রিয়-সুখ ভোগ তৌদনবা নক্ষ্নু উপায় শীজন্নরগা কাজন্‌বা নত্তে। তশেংনমক পরমেশ্বর ভগবান্দা অন্নুরক্ত ওইহুনা ভগবানুগী সেবাদা মায়া-বাংমা-লাল্লবা ইন্দ্রিয়শিংবু লুপহন্‌বা হায়বসিনি। ইন্দ্রিয়শিংবু নক্ষ্নুদা নমহৎপা ঙম্মোই, অচুম্মদি ওইরগা ইন্দ্রিয়শিংবু মফম চানা শীজন্নগদবা ওই। মরমমহুনা মক্লুবা ইন্দ্রিয়শিংবু পরমেশ্বর ভগবানুগী প্রাকৃত নত্তবা সেবাদা শীজন্নগদবনি। ইন্দ্রিয় শীজন্নবগী মপুঙ ফাবা মতাঙসিবু ভক্তিযোগ কৌয়ি। মরমমহুনা ভক্তিযোগ কৌবা উপায়দা হকচন্নবা মীতাশিংদি ইন্দ্রিয়বু খুচুম চন্‌বা ঙম্মী অমসুং ভগবান্‌বু সেবা তৌবগীদমক ইমুং অমসুং হকচাঙগী আসক্তি খুদক্তা থাদোকপা ঙম্মী। মতাঙ অসিবু পরমহংস ওইবগী মতাঙ কৌয়ি। হংস হায়বদি কাঙঙনা ঈশীং-য়ান্‌বা শঙ্গোমদগী শঙ্গোমদবু খায়দোক্লুনা লৌবা ঙম্মী। মতৌ অচুগুম্না মায়াবু সেবা তৌবগী মহুত্তা ভগবানুগী সেবা তৌবা মীতাবু পরমহংস কৌয়ে। মখোয়দি নাপল-লৈতবা, ফন্দবা, হাৎ-চৈনীংদবা, অতোপ্পা মীনা মাগী অপাম্বা তৌবদা য়েক্তবা চম্বা, ইকাইখুম্নবঙাই ওইবা, মীবু মান তৌবা, ভক্তি অমসুং লোথুপ লোকোইদবা পুক-চেন্নচিংবা গুণ থিবিকসিনা লৈতেংবা ঙাক্তনি। হায়রিবা লাইগী ওইবা গুণ ময়ামসি ভগবদ্ভক্তদদি অচুম পোকচরকয়ি। ভগবান্দা মশাবু মপুঙ ফানা কৎচরবা পরমহংসদি য়াম্না তাঙঙী। মুক্ত ওইবা মীতাশিংগী মরক্তা কাওব। পরমহংসদি ওইবা মী পংয়াও য়াওদে। অশেঙবা অহিংসা হায়বসি কলক-খম্নন্দবা হায়বনি। জগৎসিদা অমনা অমবু কলক্নৈ। পুঙশেং-শেংবা পরমহংসদি ভগবানুগী সেবাদা মপুঙ ফানা মশাবু কৎথোক্লবা মরম্না মপুঙ ফানা কলক্-খম্নদ্দে। পরমেশ্বর ভগবানুগা মরী লৈননা জীব খুদিংবু পরমহংসনা মুংশি। অশেঙবা থাদোকপা হায়বনা ভগবানুগী মথক্তা নন্‌বা হায়বনি। জীব খুদিংমক অতোপ্পা কনা অমগী মথক্তা নন্দুনা হিংবা ঙাক্সি, মরমদি মহুম্না ওইনবা হায়না মাবু শেম্নকপনি। খিজন্নুরগদি থাজৈমকশেংবাদি মী খুদিংমক ভগবানুগী কৃপাদা নির্ভর তৌবনি; অচুবু ভগবানুগা লৈনরিবা মরীচু কাউবা মতমদা মহাক্লা প্রাকৃত মায়াগী মখা পোল্লী। থাদোকপা হায়বসি মায়াগী মখা পোন্‌ববু থাদোকপা অচুগা মপুঙ ফানা ভগবানুগী কৃপা ভায়চুনা লৈবা হায়বনি। তশেঙবা মীখা পোল্লবা হায়বদি মায়াগী মখা পোন্‌বা থাদোক্লগা ভগবানুগী কৃপাদা পুন্না থাজবা হায়বনি। পরমেশ্বর ভগবানুগী ভক্তি-সেবা কৌবা ভক্তিযোগদা য়োবা য়াবা থাক অচুবু পরমহংসগী থাক হায়বচুনি।

শ্লোক ২৩

অহং হি পৃষ্টোঽর্যমণো ভবদ্ভিরাচক্ষ আত্মাবগমোঽত্র যাবান্।
নভঃ পতন্ত্যাত্মসমং পতত্রিণস্তথা সমং বিষ্ণুগতিং বিপশ্চিতঃ ॥২৩॥

শব্দার্থ

অহম্—ঐ; হি—লেপ্পমক; পৃষ্টঃ—(ঐঙোন্দা) হংবা; অর্য্যমণঃ—সুমীৎকা মান্নবা পান্ননবা; ভবদ্ভিঃ—অদোমখোয়না; আচক্ষে—লীগে; আত্ম-অবগমঃ—ঐনা খঙবা হায়রগা; অত্র—মফমসিদা; যাবান্—অসিকাওবদি; নভঃ—অতিয়া; পতন্তি—পাইখংলী; আত্মসমম্—মানা ওন্নমখৈ; পতত্রিণঃ—উচেকশিংনা; তথা—অদুগুম্না; সমম্—মান্নবা; বিষ্ণুগতিম্—বিষ্ণু-লীলা; বিপশ্চিতঃ—পণ্ডিত ওইবনসু।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে ঋষিশিং, নখোয়দি বেদগী মূর্ত্তিনি, অদুনা সূর্য্যগুম্না মঙাল লৈবনি। নখোয়গী মফমদা বিষ্ণুলীলাগী মরমদা ঐনা খঙবমখৈ লীজগে। উচেকশিংনা অতিয়াদা মখোয়না ওন্নমখৈ পাইথংপগুম পণ্ডিতশিংসু মখোয়না খঙবা শরুক অদুতা ভগবান্‌গী মরমদা বারী লীবনি।

নৈনরোল

অদ্বয়তত্ত্ব ওইবা পরম সত্যদি ওমখৈ নাইদবনি। কনাগুম্বা জীব অমতনা মাগী ওমখৈ নাইবা মঙনা ওমখৈ-নাইদবু খঙবা ওমদে। ভগবান্দি নির্ব্বিশেষবনি, সবিশেষবনি অমসুং অন্তর্য্যামীনি। নির্ব্বিশেষ ওইবনা মহাক সর্ব্বব্যাপী (মফম পুম্নমক্তা শীন্থংলিবা) ব্রহ্ম হায়বনি, মহাক অন্তর্য্যামী (মী খুদিংগী থম্মোইগুদ লৈবা) ওইবনা পরমাত্মা হায়বনি, মহাকী অশেঙবা শক্তম্ সবিশেষ ওইবনা শুদ্ধ ভক্ত ওইবা পরিকরশিংগী মফমদা প্রেমগী লাৎনফম্নি। শক্তম তোঙান তোঙানবা লৈরিবা ভগবান্‌গী লীলাদি পণ্ডিত ওইবা ভক্তশিংনফাওবা লোইনা খঙদে। মরমদুনা শ্রীসূতগোস্বামীনা মহাকী শক্তি মতুং ইন্না ভগবান্‌গী লীলা বর্ণন তৌগে হায়বা ফিরেপ অদু লৌরিবনি। তশেংবদি ভগবাস্তনা মশাগী মা শুনা হায়বা ওন্মী, অদুগা মাগী পণ্ডিত ওইবা ভক্তসু মাগী কৃপানা পীবিবা শক্তিগী মতুং ইন্না মাগী লীলা বর্ণন তৌবা ওন্মী।

শ্লোক ২৪-২৫

একদা ধনুরুদ্যম্য বিচরন্ মৃগয়াং বনে।
মৃগাননুগতঃ শ্রান্তঃ ক্ষুধিতস্তৃষিতো ভৃশম্ ॥২৪॥
জলাশয়মচক্ষাণঃ প্রবিবেশ তমাশ্রমম্।
দদর্শ মুনিমাসীনং শান্তং মীলিতলোচনম্ ॥২৫॥

শব্দার্থ

একদা—নোংমগী ফুমৌদা; ধনুঃ—তেন; উদ্যম্য—চেংনা পায়দুনা; বিচরন্—চৎতুনা; মৃগয়াম্—শাদানবা; বনে—উমংদা; মৃগান্—শজিশিংবু; অনুগতঃ—তুং ইন্নকপা; শ্রান্তঃ—চোকথরবা; ক্ষুধিতঃ—চাক্লাবা; তৃষিতঃ—ঈশীং থোক্লাংবা; ভৃশম্—য়াম্না য়োনা; জলাশয়ম্—ঈস্তুঙকম্; অচক্ষাণঃ—থিরকপদা; প্রবিবেশ—চঙলমী; তম্—মহু; আশ্রমম্—শমীক ঋষিগী আশ্রমদা; দদর্শ—উখি; মুনিম্—মুনিবু; আসীনম্—ফমদুনা; শান্তম্—মুমিন্না; মীলিত—পাখজবা; লোচনম্—মীৎ; (মীলিতলোচনম্—মীৎ-পাখজবা)।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মোংমগী মুমীত্তা মহারাজ পরীক্ষিৎনা লীরুং-তেন পায়দুনা বন-মনুংদা শাদান্নবগী লেঙবদা খুজিশিংগী মতুং ইন্নকপদা চোকথরয়ে অদুগা অরাম-খোয়াংবনা খমথেংলয়ে । ঈশীং-তুঙকম থিন্নকপদা মিংচংলবা শমীক ঋষিগী আশ্রমদা চঙলম্মী; অদুগা ঋষিদুবু মীৎ উইশিনদুনা ফমদুনা উবিরম্মী।

নৈনহোল

পরমেশ্বর ভগবান্না মাগী শুদ্ধ ভক্তশিংবু কয়ামুক চানবিবগে হায়ববু মতম চানা মাগী ভক্ত অচানবশিংবু মনাক্তা কৌশিলগ। ভক্তদুগী মঙ্গল-ওইগদবা ফীভম অমা থোকহন্নবী। মহারাজ পরীক্ষিৎ অদু ভগবান্গী শুদ্ধ-ভক্ত-অমনি অদুনা মহাক্না খমথেংনা চোকথনঙাই, অরাম-খোয়াংনঙাই মরম কয়িমত্তা লৈবা হৌনদে, মরমদি ভগবান্গী ভক্তদি করিগুম্বদম্ধু হকচাঙগী অসিগুম্বা দাবীনা ওৎপা ঙমদে। অদুবু ভগবান্গী ইচ্ছানা, অসিগুম্বা ভক্তনা সংসার থাদোকপা য়াননবা হায়দুনা অরাম-খোয়াংবা মতৌসি ওইরিবনি। ভগবান্গী নাক্তা চৎপা ঙমহ্রিঙৈগী মমাঙদা সংসারগী ওইবা সম্বন্ধ পুম্বা থদংকদবনি, মরমদুনা ভক্ত অমনা সংসার-বিষয়াদা কাহেন্না লুপ্নবা মতমদা বিষয়াবু থওইদনবা ফীভম অমা ভগবান্না শীনবিরকই। সংসার-বিষয়াদা লুপ্নবা লৈব্রবসু ভক্তবু ভগবান্না থক কাউদে। করিগুম্বা মতমদা ভগবান্না নিঙথিদবা ফীভম অমা পুথোকই, অদুগা ভক্তদুনা সংসার-বিষয়াদু থাদোক্তবা য়ারক্তে। ভক্তদি অৱাবা ফীভমদুবু মাগী কননবা ভগবান্না ইঙ্গিত পীরকপনি হায়না লৌই, অদুগা ভক্ত-মণ্ডবা অতৈদি ফীভমদু মাগী মাঙ-তাক্লবনি হায়না লৌরগা নীঙবা কায়দুনা বাই। শ্রীকৃষ্ণনা মহারাজ পরীক্ষিৎকী মবুথৌ অর্জ্জুনবু ভগবদগীতা ফোঙদোক্লবা উপলক্ষ ওইনবগুম্ মহারাজ পরীক্ষিৎপুসু শ্রীমদ্ভাগবতম্ পুথোক্লবগী উপলক্ষ ওইহল্লম্বনি। অর্জ্জুন না মাগী পরিবারবু মুংশিবগী মায়ামোহদা লৈরমদ্রবদি শ্রীকৃষ্ণনা জগৎ পুম্বগী য়াইফনবগী মশক ওইবা ভগবদগীতাসি তাক্লমোইদবনি। মতৌ অদুগুম্বা মহারাজ পরীক্ষিৎকী হকচাঙদু মতমদুদা চোকথরমদ্রবদি অমদি অরাম-খোয়াংলমদ্রবদি শ্রীমদ্ভাগবতম্ তাক্লমোইদবনি। অদুনা মহারাজ পরীক্ষিৎনা শাদান্দুনা চোকথরম্বসি জগৎকী কান্নবগী শ্রীমদ্ভাগবতম্ পুথোক্লবগী অবস্থা অমা ওইনবগী প্রস্তাবনানি। প্রস্তাবনাসি 'নোংমগী মুমীত্তা' হায়না হৌরিবনি।

শ্লোক ২৬

**প্রতিরুদ্ধেন্দ্রিয় প্রাণমনোবুদ্ধিমুপারতম্।**
**স্থানত্রয়াৎপরং প্রাপ্তং ব্রহ্মভূতমবিক্রিয়ম্ ॥ ২৬ ॥**

শব্দার্থ

প্রতিরুদ্ধ—খিঙলবা; ইন্দ্রিয়—ইন্দ্রিয়; প্রাণ—থবাই (মুংশাসোর); মনঃ—পূরিক্ত, বুদ্ধিম্—বুদ্ধি; উপারতম্—লেপ্লবা; স্থান—মফম; ত্রয়াৎ—অহুমদগী; পরং—অবস্থা অহুমগী বাংমদা লৈবা মফম (তুরীয়); প্রাপ্তম্—ফংলয়ে; ব্রহ্মভূতম্—ব্রহ্মগা অমতা ওইবা; অবিক্রিয়ম্—হোংদবা, লেংদবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শমীক মুনিগী ইন্দ্রিয়শিংদি, মুংশাসোর অমসুং বুদ্ধি পুম্নমক্কী থাক পুঙথীঙ-থিংলম্মী; অদুগা জাগ্রত (হৌগংপা), স্বপ্ন (মঙ-মঙবা) অমসুং সুষুপ্তি ( মঙ মঙদবমখৈ তুম্বা ) ফীভম অহুমসিগী বাংমদ ব্রহ্মগা অমতা ওইথিদুনা ( ব্রহ্ম ভূত ) তুরীয় (মরিস্তুবা ফীভম) অবস্থাদা সমাধি-পদ ফংদুনা মুনিদু লৈরম্মী।

### নৈনরোল

মহারাজ পরীক্ষিৎনা চঙলুবা আশ্রমগী মপু মুনিহু সমাধিদা লৈরম্মী। ব্রহ্মভূত পদ অসি জ্ঞান, যোগ অমসুং ভক্তিযোগ হায়বা উপায় অহুমসিনা ফংবা য়াই। জ্ঞান হায়বসি ব্রহ্ম করিনো হায়বহু শাস্ত্র নৈনরগা খঙবনি; যোগ হায়বসিনা হকচাঙ অমসুং পূক্নীংবু লাকশল্লগা সমাধি পদ ফংবনি; ভক্তিযোগ হায়বসিনা ইন্দ্রিয় পুম্নমকপু ভগবান্গী প্রেম-সেবাদা শীজন্নবা হায়বনি। জড় (থবাই-পান্দবা) পদার্থদগী (পোৎভগী) কাখৎলক্লগা জীবাত্মা য়েৌনা খঙনবগী বাকমসি ভগবদ্গীতানা হায়রি। ঐথোয়গী প্রাকৃত ওইবা পূক্নীং (মন) অমসুং হকচাঙ অনীসি আত্মাদগী ওইরকপনি, অদুগা ঐথোয়বু প্রাকৃত গুণ অহুম্না লাকৃথুবদগী ঐথোয়গী অশেঙবা ইশকপু কাউথোকপনি। জ্ঞান যোগনা আত্মা লৈ হায়বসি বাখল্লা লাম্নগা হায়বনি। অদুগা ভক্তিযোগনা আত্মাবু ঐথোয়না তৌব থবক খুদিংদা শীজন্নবনি। ইন্দ্রিয়শিংবু পূক্নীংদা চিংশল্লে অদুদগী প্রাণদা অমুক চিংশল্লে অদুদগী বুদ্ধিলোমদা চিংশল্লে। বুদ্ধিগী লমদাঙ বাংমদা যোগনা হায়বদি ধ্যান তৌদুনা ইন্দ্রিয় পুম্নমক থিংলগা প্রাণ বায়ুবু নিয়ম অমদা শাম্নগা অমসুং বুদ্ধিবু প্রাকৃত-নত্তবা লম্দাঙদা পুখৎলগা আত্মাবু উপলব্ধি তৌয়ি। সমাধি অসিনা হকচাঙগী থবক পুম্নমক লেপ্পী। মহারাজ পরীক্ষিৎনসু মুনিবু মথাগী মওংদা লৈরবসু উথি।

### শ্লোক ২৭

**বিপ্রকীর্ণজটাচ্ছন্নং রৌরবেণাজিনেন চ।**
**বিশুষ্যত্তালুরুদকং তথাভূতমযাচত॥ ২৭॥**

### শব্দার্থ

বিপ্রকীর্ণ—ইকা-কারবা; জটা-আচ্ছন্নম্—জটানা (তাচ্ছল্লবা শম্লাংনা) কুপ্লবা; রৌরবেণ—শজি মউম্না; অজিনেন—মউম্না; চ—অমসুং; বিশুষ্যৎ—কংশল্লয়ে; তালুঃ—চৌ; উদকম্—ঈশিং; তথা-ভূতম—মওংহুদা; অযাচত—নিরম্মী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ধ্যান তৌরম্বা মুনিগী মশাহু শজি-মউম্না কুপ্লম্মী অদুগা মাগী জটাহুনা ইকা কারহুনা মশা পুম্বদা ইচাই-চাইরম্মী। নিংথৌগী থনাওহু ঈশিং থৌরাংবনা প্রক প্রক কংলম্মী অদুগা মুনিদগী ঈশিং নিরম্মী।

### নৈনরোল

নিংথৌনা ঈশিং থৌরাংহুনা মুনিদগী ঈশিং নিরম্মী। অসূক চাউরবা ভক্ত নিংথৌ অমনা ধ্যান তৌহুনা লৈরম্বা মুনি অমদগী ঈশিং নিবা হায়বসি লাইগী নোংদম নত্তনা করি ওইগনি? নত্রগদি থ্বাইগা মান্নদবা থৌদোক অসি থোক্লরোই। মহারাজ পরীক্ষিৎপু মতা-চাদবা ফীভমদা থম্লিবসি শ্রীমদ্ভাগবতম্ পুথোকপা য়ানবগী নোংদম্নি।

### শ্লোক ২৮

**অলব্ধতৃণভূম্যাদিরসম্প্রাপ্তার্ঘ্যসূনৃতঃ।**
**অবজ্ঞাতমিবাত্মানং মন্যমানশ্চুকোপ হ॥ ২৮॥**

## শব্দার্থ

অলব্ধ—ফংদবা; তৃণ—নাপীগী ফিদা; ভূমি—মফম; আদি—নচিংবা; অসম্প্রাপ্ত—চপচানা ফংদবা; অর্ঘ্য—পূজা; সূনৃত—অথুম্বা বাহৈ; অবজ্ঞাতম্—থৌশাবিদবা; ইব—গুম্না; আত্মানম্—মশাবু; মন্যমানঃ—খল্লহুনা; চুকোপ—শাউরম্মী; হ—অদুম্না।

## মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ফিদা থাহনা মফম অমা পীব্রবা অদুগা ঈশীং পীহুনা অমদি তরাম তরাম কৌহুনা মুনিনা বা ঙাওদবহুদা। নিংথৌনা মশাবু থৌশাবিব্রবনি হায়না খল্লহুনা শাউরম্মী।

## নৈনরোল

বেদশাস্ত্রগী মতুং ইন্না মী লাকপদা স্বাগত তৌবগী বিধিদি চুম্নগী মীদি লায়রহুনা য়েক্লবা অমা লাক্লবা ফাওবদা মাবু তৌফম-থোকপা মান লোইনমক তৌহুনা কৌশনগদবনি। মহাত্মা লাক্লিবসি য়েক্লবগী ময়ুমদা লাকপনি হায়না খন্দনবা মওংদা মাবু য়ুম্নুনা ওক্কদবনি। ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনা অর্জুন অমসুং ভীমগা লোয়ননা মগধদা জরাসন্ধগী নাক্তা লেঙলুবদা জরাসন্ধ নিংথৌনা সম্মান-তৌফম য়েক্লবশিংবু নিংথৌগুম্না তরাম তরাম ওকখি। অতিথি ওইনা লাক্লম্বা য়েক্লবা ভীম অদু জরাসন্ধগা লান্থেংনবা লাকপনি, অদুবু মথোয়হুবু জরাসন্ধনা তরাম তরাম ওকখি। অহিংদনা মথোয় মক্লপ অমসুং অতিথিগুম ফম্মিন্নরম্মী অদুগা অয়ুক-মুখিন্দনা শির-শি চঙল-চঙ হায়না লান শোক্লে। মহুনি অতিথি সেবাগী বিধি। অতিথি সেবাগী বিধিনা তাকপদি অসিনি মহুদি—কনাগুম্বা করিমতা লৈজদবা মীনা মাগী অতিথিহুনা নাপীগী ফক অমনা ফিদা থাবা, ঈশীং গিলাস অমতং থক্লবা পীবা অদুগা অথুম্বা বাহৈ খরদং ঙাওবা হায়বসি তৌগদবনি। মরমহুনা অতিথিহুনা মক্লপপু ওইরবসু নক্লগা য়েক্লববু ওইরবসু অতিথিবু ওকপা করিসু শেন তিংগদবা লৈতে। মাগী হায়ববু বাবগার ফজবগী বাদনি।

মহারাজ পরীক্ষিৎনা শমীক ঋষিগী মফমদা লাকপদা নিংথৌবু ওকপগুম ওক্কনি হায়না খল্লমদে মরমদি মুনি ঋষিশিংদি শেল্লেবা মী নত্তে। অদুবু ফক মচা অমা, ঈশীং গিলাস অমা অদুগা অথুম্বা বাহৈ খরদং ফাওবদি অতিথি সেবা ওইনা তৌরক্লোই হায়বসি মহারাজ পরীক্ষিৎনা খল্লমদে। মরমহুনা মুনিনা থৌশারমদবহুদা নিংথৌহু য়াম্না ঙকখি। তশেংবা হায়রগদি, নিংথৌনা ঈশীং য়াম্না থৌরাংলম্বগী মরম্না নিংথৌনা শাউবহু চুম্মী। অসিগুম্বা থৌরাংবনা শিগদোরবা মতাঙদ শাউবদি নিংথৌহু নাতৈচাদে হায়বা য়াদে। অদুবু শিংথৌহুদি মশামক মহর্ষি অমদগী হন্ববা মী নত্তবনিনা মহাত্মা শাউহুনা পায়থরম্বা থবক অদু অওকপনি। অদুনদি ভগবান্গী ইচ্ছানা মাগী থবক মতাহু নোংদম্নকপনি হায়না লৌবা তাই। পরীক্ষিৎ মহারাজদি ভগবান্গী অচৌবা ভক্ত অমনি; মুনিহুসু নিংথৌহুগুম্না চপ মান্ননা ফবা মীনি। অদুবু ভগবান্গী ইচ্ছানা নোংদমখিবা কীভমশিংহুনা নিংথৌবু ইমুং-মমুং মরী লৈনববু পামহল্লক্লবা, লৈবাক ঙাকপগী থবক্তা থরাই চঙনীঙদবা অদুগা ভগবান্গী খুয়া থম্বান্দা মশাবু পুঙকৎ-কৎথোক্লীঃহনবা হায়বহু পোকখি। থোজানহৈবা ঈশ্বরনা মাগী ভক্তশিংবু সংসার-মায়ালাংদগী মহাক্কী মায়কৈদা চিংবা য়াননবা হায়হুনা পরীক্ষিৎকী দশা ফত্তবসিগুম্বা ভক্তশিংগী মফমদা করিগুম্বা মতমদা থোকহল্লী। অদুবু মপাম্থোংদা য়েংলগদি অসিগুম্বা দশানা ভক্তশিংগী নীঙবা কায়নবা মতৌ মাল্লী। ভগবদ্ভক্তশিংবু মতম পুম্নমক্তা ভগবান্না ঙাকশেল্লিবনি নীঙবা কায়বা কায়দবা ফীভম খুদিংমক্তা ভগবান্না ভক্তবু লমজিংবা মকোক ওইহ্নিবনি। মরমহুনা শুদ্ধভক্তশিংনা নীঙবা কায়বগী ফীভম পুম্নবু ভগবান্গী কৃপানি হায়না লৌই।

কৈরবোল

মতৌ অসুম্বা নিংথৌনা মুনিদা লমন্ খুমম্মী, তৌবগীদি অসিগুম্বা নাতৈচাদবা থবক অমতা মম্মাউগুদা তৌখিবা লৈতে। ঈশ্বরগী নোংদম্না, নিংথৌনা চৎলমদাইদা মমাঙদা, তাৎম্বা অশিবা লিল অমা থেংনখি, অদুগা মাবু ভয়াম্না ওক্নমদবা মুনিদা মনা পীবদি লিল অশিবদুনা লৈ-পরেংগুম্ লুকপীবনা ওইগনি হায়না নিংথৌনা খন্নখি। ময়াম খ্বায়না তৌনবগী হায়রগদি মতৌসি নাতৈচাদবা নত্তে, অদুবু মহারাজ পরীক্ষিৎমক্না ব্রাহ্মণ ঋষি অমদা তৌরম্বা ব্যবহারসিদি মমাউগুদা থক থোক্লবা মতৌনি। মসি ভগবান্গী নোংদম্না থোক্লম্বনি।

শ্লোক ৩১

এষ কিং নিভৃতাশেষকরণো মীলিতেক্ষণঃ।
মৃষাসমাধিরাহোস্বিৎ কিং নু স্যাৎক্ষত্রবন্ধুভিঃ ॥ ৩১ ॥

শব্দার্থ

এষঃ—মসি; কিম্—করি; নিভৃত-অশেষ—ধ্যানগী কীভমদা; করণঃ—ইন্দ্রিয়শিং; মীলিত—উইশল্লম্বা; ঈক্ষণঃ—মীৎ অনী; মৃষা—ওইদবা; সমাধিঃ—সমাধি; আহো—নৎত্রগা; স্বিৎ—অদু ওইরবদি; কিম্—করি; নু—তৌইগুম্বসুং; স্যাৎ—ওইবা য়াই; ক্ষত্রবন্ধুভিঃ—হৎবা ক্ষত্রিয়না।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হল্লকপা নিংথৌনা মপুক মসুংদা খল্লগা খুক্তি শারম্মী মদুদি—মুনিদুবু অশেংনমক ইন্দ্রিয় পুম্নমক খোমজল্লগা অমসুং মিৎ উইশিল্লগা ধ্যান তৌরম্বা ওইরিগদ্রা নত্রগা ক্ষত্রবন্ধু অমবু থাগাত তৌনীঙদবদগী ধ্যান তৌশম্নরম্বা ওইরিগদ্রা।

নৈনবোল

নিংথৌদু ভগবন্তক অমনিনা মশামক্না তৌখিবা থবক অদু য়ানীংদমদে, মরমদুনা মুনিদুবু অশেংনমক সমাধিদা লৈরবা খাংবা নত্রগা হৎনা বর্ণগী হায়রিবা ক্ষত্রিয় মচা নিংথৌবু থাগাত তৌনীংদবদগী ধ্যান তৌশিল্লরম্লিবা খাংবা হায়না নিংথৌনা খন্নখি। অদুবা মীসি অদানবা তৌকরগা মপুক্কুদা অদুতাপ লাকয়ি। শ্রীলবিশ্বনাথ চক্রবর্তী ঠাকুরনা অমসুং শ্রীলজীবগোস্বামীনা নিংথৌগী থবক অদু মহাকী নহালমপোকী পাপকী ফল ওইরমগনি হায়বদু থাজদমদে। মথোয়না থাজরম্বদি নিংথৌবু ভগবান্গী নাক্তা হুম্না কৌশম্লগে হায়রগী ভগবান্না তৌরম্বা থোৌরাংনি হায়বসিনি।

শ্রীলবিশ্বনাথ চক্রবর্তীগী মতুং ইন্না, থৌরাংদু ঈশ্বরগী ইচ্ছানা তৌখিবনি, অদুনা ঈশ্বরগী ইচ্ছাকা লিংথৌগী নীংবা কারণগী কীভমদু থোকহনখিবনি। নিংথৌগী মরাদি হায়রিবদুগীমক ফজিনী ঈর্ষিন-চত্লবা জ্ঞান-লাংপা ব্রাহ্মণ মচা অমনা নিংথৌবু শাপ তৌবা য়ানবগী থৌরাংনি। অদুম তৌরগদি নিংথৌনা মদুম-দকে মতম চুমগী ওইনা থাদোকনি। মহাকা শ্রীলশুকদেব গোস্বামীনা লৈনখিবা মরীদুনা শ্রীমদ্ ভাগবতম্ জগৎতা পুথোকপা য়াখিবনি; শ্রীমদ্ভাগবতম্দি ভগবান্না লাইরীক ওইনা তৌবা অবতারনি হায়রগা লৌই। ভগবান্গী অবতার লাইরীকসিদা ব্রজভূমীগী গোপী-শিংগা লোয়নবা শারবা বাল-লীলামচিংবা ভগবান্গী লীলা মরাং বর্ণনা তৌরি। ভগবান্গী থোই-দোকপা লীলাসিগী থোইদোকপা অর্থ অমা লৈ, মরমদি ভগবান্গী থোইদোকপা লীলাসিবু মীংখিনা

নৈনত্থনা খঙলবা মীত্থদি প্রাকৃত-ওইবা মঙংগী মুপী-সজ তৌনীঙলোই অত্থগা ভগবান্গী ভক্তি-সেবাগী লম্বীদা মীত্থবু থম্বিগনি। শুদ্ধ ভক্ত অমগী সংসারিক নৈরাশ্যদি (নীঙবা কায়বদি) ভক্তত্থবু অবাংবা দিব্য-ওইবা লমদাঙদা থাক্সংনবগীদমক্নি। কৌরবশিংনা লৌতুনবদগী অর্জুনখোয়গী নৈরাশ্য ওইখিবত্থনা কুরুক্ষেত্র-লান্গী বাহৌদোক ওইনবা ভগবান্না শীন্বনি। মসিনা ভগবান্গী শব্দ-অবতার (খোন্গী শক্লোন্) ভগবদগীতাবু অবতার তৌহনবনি। মসুম্না মহারাজ পরীক্ষিৎপু শাথীবা ফীভমদা থম্লগা ভগবান্গী ইচ্ছানা শ্রীমদ্ভাগবতম্ ওইনা অবতার তৌবনি। অরাম-খৌরাংঙী হায়বত্থ মপাম্বোংগী বানি, অত্থক উৎপা হায়বত্থনি, মরমদি মহারাজ পরীক্ষিৎ য়াম্না খাঙ-কন্বনি, করি হায়নি মমাগী গর্ভদকাওবা মৈচাক খাঙলক্লবনি। অশ্বত্থামানা কাপ্লকপা ব্রহ্মাস্ত্রগী লংত্রিক-লংবা মৈচাক্লফাওবা মহাকপু শম্না অমফাওবা লেঙহন্বা ঙমখিদে। নিংথৌগী অবাবা ফীভমত্থগুম্বা ভশেংনমক মমাইঙেদা থক্ খোকখিদ্রি। মহারাজ পরীক্ষিৎকুম্বা ভক্তশিংদি ভগবান্গী ইচ্ছানা অসিগুম্বা অবা-অনা খাঙনবা শক্তি চেল্লী অত্থনা মখোয়গী পুক্নীং ইন্নাং হৌদে। মরমত্থনা মহারাজ পরীক্ষিৎকী মতাঙসিদদি থোকলিবা ফীভমত্থ ভগবান্গী খুদ্দীন্-থৌরাংনি।

শ্লোক ৩২

**তস্য পুত্রোঽতিতেজস্বী বিহরন্ বালকোঽর্ভকৈঃ।**
**রাজাঘং প্রাপিতং তাতং শ্রুত্বা তত্রেদমব্রবীৎ ॥ ৩২ ॥**

শব্দার্থ

তস্য—মহাক্কী; পুত্রঃ—মচানুপা; অতিতেজস্বী—মতীক-ময়াই-চেন্বা; বিহরন্—শান্নরিঙৈদা; বালকঃ—নুপামচা; অর্ভকৈঃ—নাওরাশিংগা; রাজ্ঞা—নিংথৌনা; অঘম্—অবাবা; প্রাপিতম্—ফংহল্লবা; তাতম্—মপাবু; শ্রুত্বা—নাকোঙনা তারত্থনা; তত্র—মফমত্থদা; ইদম্—অসি; অব্রবীৎ—হায়খি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মুনিগী মচানুপা অমা লৈরম্মী, মহাক অত্থ ব্রাহ্মণ ওইবা মরম্না য়াম্না তেজস্বী ওইরম্মী। জ্ঞান-ভাদবা অঙাঙমচাশিংগা লোয়ননা শান্নরিঙৈদা মহাক্না মপা মুনিদা নিংথৌনা অবাবা পীখিবত্থগী বা মনাকোংনা তারম্মী। হেক তাবগা মফমত্থমক্তদা মহাক্না মথাগী বাহৈসি হায়খি।

নৈনরোল

মহারাজ পরীক্ষিৎকী শাসন কবা মরম্না, জ্ঞান-বাংপা অঙাঙমচাশিংগা শান্নরম্বা তনৌরবা নাওরা অমনা মতীকচাবা ব্রাহ্মণ অমা ওইবা মরম্না শক্তি য়াম্না চেল্লম্মী। নুপামচাসি শৃঙ্গী কৌয়ি। অত্থগা মাবু মপানা ব্রহ্মচর্য্যদা শিক্ষা চপ চানা পীরম্বা মরম্না মহাক মহাক্কী চহী মতাঙত্থদসু ব্রাহ্মণ অমগুম্না তেজস্বী ওইরম্মী। অত্থবু কলিযুগনা বর্ণাশ্রম্ মরিগী ধর্ম্ম মাঙহন্নবগী তাঞ্জা ঙাইরক্লিবনিনা জ্ঞান-বাংপা নুপামচাত্থনা বৈদিক কৃষ্টিগী ক্ষেত্রদা কলি যুগ চঙননবগী তাঞ্জা অমা পীরম্নে। তোম্বা জাংকী কাঙবুবু য়েংথীবা কলিগী প্রভাব-চঙলবা অঙাঙসিদগী হৌখি অত্থনা ধর্ম্মগী মরায় নোংমা নোংমগী চায়থরক্লি। ব্রহ্মণ্য ধর্ম্মগী মথক্তা অন্যায় তৌবা অহান্বদি মহারাজ পরীক্ষিৎকী মফমদা থোক্লিবসিনি। মতৌ অত্থম্না কলিনা হাইজল্লকপদা নিংথৌনা ঙাকথোক্লম্বত্থ অসুম অসুম কোমথোরকখি।

## শ্লোক ৩৩

**অহো অধর্মঃ পালানাং পীব্নাং বলিভুজামিব।**
**স্বামিন্যঘং যদ্ দাসানাং দ্বারপানাং শুনামিব ॥৩৩॥**

### শব্দার্থ

অহো—য়েংঙ্‌নেসে; অধর্মঃ—অধর্ম; পালানাম্—নিংথৌশিংগী; পীব্নাম্—য়োক্লম্বশিংগী; বলিভুজাম্—কাক; ইব—গুম্না; স্বামিনি—মপুদা; অঘম্—অৱাবা; যৎ—মহু; দাসানাম্—মনাই-শিংগী; দ্বারপানাম্—থোঙঙাকপা; শুনাম্—হূই; ইব—গুম্বনি।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(ব্রাহ্মণগী মচানুপা শৃঙ্গীনা হায়রম্মী)—য়েংঙ্‌নেসে নিংথৌশিংগী পাপশিংসে, মখোয়না কাক অমসুং থোঙ-শঙবা হূইগুম্না মীনাইনা তৌগনবা নিয়ম থুগায়দুনা মপুশিংদা মরমদা পাপকী থবক তৌই।

### নৈনরোল

ব্রাহ্মণশিংবু সমাজ-মহৈগী মকোক্তি অমদি থোম্মি হায়না থৈ অদুগা ক্ষত্রিয়শিংবু সমাজ-দেহগী পাম্বোম্মি হায়না থৈ। পাম্বোমগী মথৌদি দেহবু মাঙ তাক্লবদগী ঙাকথোকপনি, অদুবু পাম্বোম্না থবক তৌবদি কোক্কী থোপ্‌কী য়াথং মতুং ইন্না তৌগদবনি। মহু ভগবান্‌গী য়াথংনা শীল্‌বা থোরাংনি। মরমদি বাক্ষমসি ভগবদ্‌গীতাদা হায়রি মহুদি—বর্ণ মরি হায়বদি ব্রাহ্মণ, ক্ষত্রিয়, বৈশ্য অমসুং শূদ্র হায়বসে মখোয় মখোয়গী গুণ অমসুং কর্ম তুংইনা থায়রনি। হৌনথা ওইনা, মাইবা অমগী মচানা মতীকচাবা মাইবা ওইবা ঙম্বগুম্না ব্রাহ্মণমচা অমনা মাম্না মতীকচাবা মপানা তাকপীবা মতুং ইন্না ব্রাহ্মণ অমা ওইরকপগী তাঙ্গা ফংজৈ। মরমসিনা বর্ণ-থায়বন্নি মরম, য়াম্না চানা থায়খিবনি। মপানা মতীকচাবগী সুবিধাদু মচানুপানা লৌদুনা ব্রাহ্মণ, অমদি মাইব-নচিংবা ওইনবা হোৎনগদবনি, অতৈ ওইনবা তৌফদে। গুণ চেন্নবদি কনামতনা ব্রাহ্মণ ওইবা য়াদে অদুগা মাইবা ওইবসু য়াদে। বাসি শাস্ত্রশিংগী অমসুং বর্ণ পুম্নমকী বানি। মকমসিদা হায়রিবা শৃঙ্গী অসি অচৌবা ব্রাহ্মণ অমগী মতীকচাবা মচানুপানিনা জন্ম অমসুং শিক্ষাগী মপাম্না চঙগদবা ব্রহ্মতেজদু ফংলম্মী, অদুবু মহাক জ্ঞান-বাৎপা অঙাঙ অমা ওইবনা চপচাবা হৌন-খঙবা হায়বদুদি ওইরমদে। কলিগী প্রভাবতগী ব্রাহ্মণগী মচানুপা অমনা ব্রহ্মতেজনা নাপল কাথিবদগী পরীক্ষিৎ মহারাজবু কাক্কা থোঙশঙবা হূইগা চাংদম্নখি। নিংথৌনা রাষ্ট্রগী সীমানা ঙাক্লবগীদমক সীমানাদা মিৎয়েং চঙলম্মী মরমদুনা নিংথৌবু রাষ্ট্র-শঙবা মীনি হায়বদি য়াই, অদুগা মহাকপু য়ুমগী থোঙশঙবা হূইগুম্বনি হায়বদি হৌন-খঙবগী থৌদম্নি। ব্রাহ্মণগী মচা ওইনা পোক্লগা সংস্কৃতিদি লৈতনা হেক্তন ব্রাহ্মণ ওইগনি হায়বসিনা মরম ওইদুনা ব্রাহ্মণগী তেজ হম্বা হৌবনি। ব্রাহ্মণ বর্ণগী ময়েংতারবন্নি কলি যুগসিদা হৌরমনি। ব্রাহ্মণশিংনা বর্ণশিংগী মকোক ওইবননি, সমাজগী বর্ণ অতৈসু ময়েংতাবা হৌখি। অদুম্না ব্রাহ্মণগী ময়েং তাবসিবু শৃঙ্গীগী মপান্না, য়াম্না মুংঙাইতনা শোন্‌থি, মাগী বাহু মথাদা লাক্লি।

## শ্লোক ৩৪

**ব্রাহ্মণৈঃ ক্ষত্রবন্ধুর্হি গৃহপালো নিরূপিতঃ।**
**স কথং তদ্‌গৃহে দ্বাঃস্থঃ সভাণ্ডং ভোক্তুমর্হতি ॥৩৪॥**

### শব্দার্থ

ব্রাহ্মণৈঃ—ব্রাহ্মণশিংনা; ক্ষত্রবন্ধুঃ—ক্ষত্রিয়গী মচাম্পা; হি—লেপ্পমক; গৃহপালঃ—য়ুমশঙবা; নিরূপিতঃ—মিংথোল্লী; সঃ—মহাক; কথম্—করম্না; তৎগৃহে—মাগী (য়ুম্বুগী) য়ুমদা; দ্বাঃস্থঃ—থোঙদা লৈবা; সভাণ্ডম্—চকু অমতদা; ভোক্তুম্—চাবা; অর্হতি—মতীক ওই ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ক্ষত্রিয়শিংগী মচা-মশুশিংবু য়ুমশঙবনি হায়নৈ অহুনা মথোয় থোঙজীন্দা লৈকম থোকই। করম্না থোঙশঙবা হুইনা ইমুংদা চঙলগা য়ুম্বুগা লোয়ননা পাত্র অমতদা চামিন্নগদৌরিবনো ?

### নৈনরোল

জ্ঞান-বাংপা ব্রাহ্মণ-মচা অহুনা নিংথৌনা ঈশীং নিরম্বা অহুগা মপা মুনিনা পাউথুম্নমদবগী বাহু তশেংনা খঙলম্মী । মপানা অতিথি-সৎকার তৌরমদবহুবু লাইগু-খঙদবা অঙাঙগী হৌনশা ওইনা অর্থ অমরোমদা পুরম্মী । নিংথৌবু তরাম্না ওক্লমদবগীদমক মহাক মুংঙাইতবা তৌরমদে । অহুগী মহুত্তা, অরানবা থবক অহুবু কলিগী ব্রাহ্মণগী হৌনবা মতাদা চুমগল্লম্মী । মহাক্না নিংথৌবু য়ুমশঙবা হুইগা পাংথক্লি থনথিঃ মরমহুনা নিংথৌনা ব্রাহ্মণ অমগী য়ুমদা চঙলক্লুনা ব্রাহ্মণগী পাত্রমক্তগী ঈশীং থক্কে হায়রম্বহু লাল্লী হায়না মানা থল্লম্মী । হুইবুনা হুই য়োক্লিবনি, অহু হায় হায়হনম্ব হুইহুনা হুইবুহুগা লোয়ননা পাত্র অমতদা চামিন-থকমিন্নগদবদি নত্তে। ওইদবা ইজ্জৎকী অসিগুম্বা পূকচেননা দোষ লৈতবা বর্ণাশ্রমধর্মগী মরায়-চায়থনবগী মরম ওইবনি। পূকচেন মতাসি অহানবদা ব্রাহ্মণ মচা অমনা হৌদোকখিবনি হায়বসে ঐথোয়না উবা ফংলে । হুইবুনা হুইহুবু য়োক্লবম্ব য়ুম মনুঙদা থক চঙহন্দবগুম্ শৃঙ্গীগী মত মতুং ইন্না নিংথৌহু শমীক ঋষিগী য়ুমদা চঙঙকপা য়াদে হায়বসিনি। মুপামচাহুগী মত মতুংইন্না, নিংথৌহু লাল্লে অহুগা মপাদি লান্দে হায়বসিনি, মরমহুনা মপানা বা ঙাঙলমদবহু চুম্মী হায়না লৌরম্মী।

### শ্লোক ৩৫

**কৃষ্ণে গতে ভগবতি শাস্তর্যুৎপথগামিনাম্ ।**
**তদ্ভিন্নসেতূনদ্যাহং শাস্মি পশ্যত মে বলম্ ॥৩৫॥**

### শব্দার্থ

কৃষ্ণে—ভগবান্ কৃষ্ণ; গতে—পৃথিবীদগী থুপপ্রবদা; ভগবতি—ভগবান্না; শাস্তরি—পরম শাস্তা (শাসন-তৌবা); উৎপাথ গমিনাম্—কত্তবা-লম্বী-পাঙবশিংগী; তৎভিন্ন—তোঙাম্বারবা; সেতুন—ঙাক-শেনবা মহাকপু; অদ্য—ঙসি; অহম্—ঐনা; শাস্মি—বারক-চৈ থাগে; পশ্যত—য়েংঙু; মে-ঐগী; বলম্—শক্তি ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

করুবা-লম্বী-চৎপশিংগী বারক-চৈথাবা শ্রীকৃষ্ণনা পৃথিবীগী থুপথিবদা লম্-হেনবা মীতানা হাইগথল্লি । মরমহুনা ঐহাক লমহেনবশিংবু বারক-চৈ থাগে, য়েংঙু ঐহাক করামুক ওম্বগে হায়বহু ।

নৈনৱোল

ব্রহ্মতেজ খজিত্তুং নৈবদগী নাপল কারবা বুদ্ধি-ব্রাৎপা ব্রাহ্মণচুদা কলিযুগগী প্রভাব চঙজ্রে। মহারাজ পরীক্ষিৎনা কলিগী লৈফম মরিখক পী হায়না মথক্তা পন্থরে, অদুবু মহাক্কী হৈশিংবা শাসন মতানা কলিনা মাগী মফম মরিমক্তা চঙবা ঙম্মদে। মরমদুনা কলিনা মাগী তৌনীঙবা তৌবা য়াননবা তাঙ্গা থিদুনা লৈরকপনি। ভগবান্গী কৃপাদগী নাপল-চাউবা বুদ্ধি-ব্রাৎপা ব্রাহ্মণ মচা অমদা কলি মাগী চঙকম অগোবা অমা কংখি। ব্রাহ্মণ মচাদু মাগী মাঙতাকহন্নবা শক্তিদু উৎনীংঙম্মী, অদুনা মহাক্না অদুক চাউবা নিংথৌ পরীক্ষিৎপু শাস্তি পীবগী মিংচৎ অথীবদু কংখি। মহাক্না শ্রীকৃষ্ণনা থ্পপ্রবা মতুংদা শ্রীকৃষ্ণগী মহুৎ ওইবা পাম্লম্মী। মসি পুম্নমক্সি কলিযুগগী প্রভাবতগী শ্রীকৃষ্ণগী মহুৎ ওইবা পাম্বা মীতা চোংখৎলকপগী খুদম ময়াম্নি। শক্তি খজিত্তুং চেন্বা শোইনৌ অমনা ভগবান্গী অবতার ওইবা পাম্মী। পৃথিবীদগী শ্রীকৃষ্ণনা থ্পপ্রবা মতুংদা অবতার-শাবা মীতা য়াম্না লৈ, অদুনা মথোয়না খঙজদবা মীয়াম্বু শেরান্নবা পুরিদুনা সাধারণ-প্রজাগী মফমদগী সম্মান ফংদুনা ওইদবা ইজ্জৎ ঙাকচৈ। ব্রাহৈ অমরোমদা হায়রগা ব্রাহ্মণ মচা শৃঙ্গীসিদা তোংদুনা কলিনা ঙাম্থোইনা পাম্নবা তাঙ্গা কংখি।

শ্লোক ৩৬

**ইত্যুক্ত্বা রোষতাম্রাক্ষো বয়স্যানৃষিবালকঃ।**
**কৌশিক্যাপ উপস্পৃশ্য বাগ্বজ্রং বিসসর্জ হ ॥৩৬॥**

শব্দার্থ

ইতি—অসুম্না; উক্ত্বা—হায়রগা; রোষ-তাম্র-আক্ষঃ—শাউবদগী মমিৎ কোরিমুক ঙাঙনা; বয়স্যান্—মমান্নবশিংদা; ঋষিবালকঃ—ঋষিগী মচানুপানা; কৌশিকী—কৌশিকী তুরেন; আপঃ—ঈশীং; উপস্পৃশ্য—থুৎনা শোন্নগা; বাক্—ব্রাহৈ; বজ্রম্—নোংমৈ-শীঙজঙ; বিসসর্জ হ—লংলম্মী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ঋষিগী মচানুপানা শাউবগী মমিৎ কোরিমুক ঙাঙনা মমান্নবশিংদা ব্রাহৈ অসুম্না হায়রগা কৌশিকী তুরেনগী ঈশীং থুৎনা শোন্নগা ব্রাহৈগী বজ্রশীংজঙ লংথিরম্মী।

নৈনৱোল

নৈনরিবা শ্লোকসিদগী খঙবদি মহারাজ পরীক্ষিৎপু শাপ তৌরম্বগী ফীভম মতাসি অঙাঙ মান্বনি। শৃঙ্গীনা মমান্নবা অপঙবশিংগী মফমদা মাগী অপঙ-থৌনাদু উৎলম্মী। মীওইবগী সমাজ পুম্বগী মহাম-ওইবা থৌদোসি তৌগদবু হায়না অশিংবা মী নৈরম্নবদি থিংলমগদৌবনি। পোকপদগী য়াওরকপা নত্তবা ব্রহ্মতেজ অদু উৎপগীদমক্তা মহারাজ পরীক্ষিৎপু হাৎলগা বুদ্ধি-ব্রাৎপা ব্রাহ্মণ-মচাদুনা অরান্-চৌবা অমা তৌখি।

শ্লোক ৩৭

**ইতি লঙ্ঘিতমর্য্যাদং তক্ষকঃ সপ্তমেঽহনি।**
**দঙ্ক্ষ্যতি স্ম কুলাঙ্গারং চোদিতো মে ততদ্রুহম্ ॥৩৭॥**

### শব্দার্থ

ইতি—মতৌ অসুম্না; লঙ্ঘিত মর্য্যাদম্—মর্য্যাদা লংখাইরবা; তক্ষকঃ—তক্ষক কৌবা লিল; সপ্তমে-অহনি—তরেৎনিশুবা মুমিত্তা; দঙ্ক্ষ্যতি স্ম—চীকপা ওইসনু; কুলাঙ্গারম্—শাগেগী মৈতাল অশিবা; চোদিতঃ—থাখিবা; মে—ঐগী; তদদ্রুহম্—ইপাগী য়েক্লবা মাবু।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ব্রাহ্মণগী মচাহুনা অসুম্না শাপ তৌরম্মী—ঐগী ইপাগী মর্য্যাদা কায়বা উধীৎলমদবনিবক ওমিলদী তরেৎনীশুবা মুমিত্তা শাগেগী মৈতাল অশিবা অসিবু (মহারাজ পরীক্ষিৎপু) তক্ষক-না চীকসনু।

### নৈনরোল

মতৌ অসুম্না ব্রাহ্মণা শক্তিবু শেরাম্না শীজন্নবা হৌখি, অদুগা খর খর তৌদুনা কলিযুগসিদা ব্রাহ্মণশিংগী 'ব্রহ্মণ্যশক্তি অমসুং কুষ্টিনচিংবা ময়েং তাবা হৌখি। ব্রাহ্মণ মচাহুনা মহারাজ পরীক্ষিৎপু 'কুলাঙ্গার' হায়বদি, শাগেগী মৈতাল অশিবনি হায়না খল্লমী, তশেংবদি মহাক্কি কুলাঙ্গার হায়বদুদি মরমদি মহাকথক্কগী ব্রাহ্মণশিংগী বর্ণনা য়াতেক্লবা লিলগুম্ তেঙ্গ-লৈতবা হৌখি। লিলবু মাগী হুচেন্‌বা ময়াদু হৌরিবমখৈ কিনৈ, অদু নত্রগদি অঙাঙমচাশিংদনা মাবু কিবনি। কলিনা ব্রাহ্মণ-মচাহুনু অহানবদা খুদুম চন্‌খি, অদুদগী মথঙ মথঙ তৌদুনা বর্ণ অতৈবুসু খুদুম চন্‌খি। মতৌ অসুম্না বর্ণ-বিভাগকী ফজরবা নিয়মসি অর্থ-শেরাম্নরবা নিয়ম অমগী মশক লৌহনব্রে, কলিনা খুদুম-চল্লবা মী কাওবুনা জাতিবর্ণবু মরু ফংনা মুৎথৎলে। করি মরমদগী বর্ণগী নিয়মবু শেরাম্না লৌখিবনো হায়বদু য়েংশনবা ফে অদুগা বর্ণগী নিয়ম মশামকপুদি মাগী বিচার নাইবা ফজবা মরমদু খঙনু খঙম্রগা চৈথনবা হোৎনবদি তৌফদে।

শ্লোক ৩৮

ততোহভ্যেত্যাশ্রমং বালো গলে সর্পকলেবরম্।
পিতরং বীক্ষ্য দুঃখার্তো মুক্তকণ্ঠো রুরোদ হ ॥৩৮॥

### শব্দার্থ

ততঃ—অদুগী তুংদা; অভ্যেত্য—চঙলগা; আশ্রমম্—আশ্রমদা; বালঃ—নিপামচাহুনা; গলে—ওক্তা; সর্প—লিল; কলেবরম্—হকচাঙ; পিতরম্—মপাবু; বীক্ষ্য—উরগা; দুঃখার্তঃ—থবাই-মুংওাই-ভবা; মুক্তকণ্ঠঃ—খোলহৌনা; রুরোদ হ—কপ্‌লি।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অদুগী তুংদা আশ্রমদা চঙলগা নিপামচাহুনা ওক্তা লিলি য়াম্বা মপাগী লেহেদু উরগা থবাই মুংওাইতদুনা খোল হৌনা কপখি।

### নৈনরোল

অঙাঙদু মথবাই মুংওাইরমদে মরমদি মহাক অজ্ঞানায়বা অমা তৌরুরে। অদুনা মহাক্না থবাইগী পোৎলুমদু কপ্লগা কোক্লবা থৌরাংখি। মরমদুনা আশ্রমদা চঙলগা মপাবু কীভমদুদা উবদা মাগী মথবাইগী পোৎলুম কোক্লবা হায়দুনা খোল হৌনা মহাক কপখিধনি। অদুবু মতম থীনমনব্রে। তৌখিবা পুন্নমক চঙলগা মপাগী মুংওাইরমদে।

শ্লোক ৩৯

**স বা আঙ্গিরসো ব্রহ্মন্ শ্রুত্বা সুতবিলাপনম্।**
**উন্মীল্য শনকৈর্নেত্রে দৃষ্ট্বা চাংসে মৃতোরগম্॥ ৩৯॥**

শব্দার্থ

সঃ—মহাক; বৈ—সু; আঙ্গিরসঃ—অঙ্গিরা-গোত্রদা পোকপা শমীক ঋষি; ব্রহ্মন্—হে শৌনক; শ্রুত্বা—নাকোঙনা তারদুনা; সুত—মচানুপা; বিলাপনম্—তেংথাবা; উন্মীল্য—পাঙথোক্লগা; শনকৈঃ—মথঙ মথঙ; নেত্রে—মিৎনা; দৃষ্ট্বা—উরগা; চ—অমসুং; অংসে—লেংবান্দা; মৃত—অশিবা; উরগম্—লিল।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে ব্রাহ্মণ, অঙ্গিরা গোত্রদা পোকপা ঋষিনা (শমীক-না) মচানুপানা কপ্পদুু তারগা মিৎ অদু তপ্না তপ্না পাঙথোক্লকখি অদুগা মঙকশমদা শিরম্বা লিল অদু উখি।

শ্লোক ৪০

**বিসৃজ্য তং চ পপ্রচ্ছ বৎস কস্মাদ্ধি রোদিষি।**
**কেন বা তেঽপকৃতমিত্যুক্তঃ স ন্যবেদয়ৎ॥ ৪০॥**

শব্দার্থ

বিসৃজ্য—লংশেক্লগা; তম্—মদু; চ—সু; পপ্রচ্ছ—হংখি; বৎস—ইপাগী ইবুংঙো; কস্মাৎ—করিগীনো; হি—লেপ্পমক; রোদিষি—কপ্লিবা; কেন বা—কনানা; তে—নঙোন্দা; অপকৃতম্—অকায়বা তৌরে; ইতি—অসুম্না; উক্তঃ—হংলবদা; সঃ—মহাক্না; ন্যবেদয়ৎ—পাউদমখি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাক্না অশিবা লিল অদু লঙশেক্লম্মী, অদুগা মচাদা কনানা মাবু মাঙনবা তৌরবগে হায়না পাউহংখি। মাহংসি তারগা মচানুপানা মঙোন্দা পাউদমখি।

মৈনরোল

মপাদুনদি মঙক্তা লিল য়াল্লবগীদমক থোইনা বারোরমদে। মানা লিলদু থোক লংথোক্লম্মী। অশেংনা হায়রগদি মহারাজ পরীক্ষিৎনা তৌবা থবক্ তুদা অকায়বা করিগুম্বা য়াওরমদে, অদুবু অপঙবা অঙাঙদুনদি মতুবা য়াম্না বারোখি। মহাক কলিনা খুদুম চনখিদনা নিংথৌবু শাপ তৌদুনা ইতিহাসগী মুংঙাইরবা অধ্যায় অমবু লোইশনহল্লখি।

শ্লোক ৪১

**নিশম্য শপ্তমতদর্হং নরেন্দ্রং স ব্রাহ্মণো নাত্মজমভ্যনন্দৎ।**
**অহো বতাংহো মহদদ্য তে কৃতমল্পীয়সি দ্রোহ উরুর্দমো ধৃতঃ॥ ৪১॥**

### শব্দার্থ

নিশম্য—নাকোঙনা তারগা; শপ্তম্—শাপ তৌরব্বা; অতৎ-অর্হম্—শোকহৈদবা মকম; নর-ইন্দ্রম্—মীথোই মীহেনবা নিংথৌ; সঃ—মহাক; ব্রাহ্মণঃ—ব্রাহ্মণ অদুনা; ন—নত্তে; আত্মজম্—মচানুপাবু; অভ্যনন্দৎ—য়ারম্মী; (ন অভ্যনন্দৎ—য়াবীরমদে); অহো—ওহোকপনিঃ বত—অরাবা; অংহঃ—পাপ; মহৎ—অচৌবা; অদ্য—ঙসি; তে—নঙোন্দা; কৃতম্—তৌরব্বা; অল্পীয়সি—য়ামদবা; দ্রোহ—য়েংবা; উরুঃ—য়ামা চাউবা; দমঃ—চায়রাক; ধৃত—চৈথাবে।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শাপ তৌকম থোক্কবা মহারাজ পরীক্ষিৎপু মচানুপানা শাপ তৌখ্রে হায়বা বাতু মনাকোঙনা তারগা শমীক মুনিনা মচানুপাবু য়াবীরমদে। য়াবীবগী বদি তোক্লহনা মচানুপাদা হায়খি—ওহোকপনিদা, কয়াদা মুংঙাইখিব্রবা! নহাক করিমত্তা থঙদবনি; নহাক মহাপাপ অমা তৌরেদো; অরাংবা মরাল লৈতবা মীওইবা অমদা চাউরবা দণ্ড অমা নঙনা পীরেদো।

### নৈনরোল

নিংথৌদি মী পুম্নমকী মকোক্নি। মহাক্তি ঈশ্বরগী মহুৎনি, মাগী থবক্কীদমক মহাকপু দণ্ড কদৌঙৈদসু পীগদবা নত্তে। অমরোমদা হায়রগা নিংথৌদি অরানবা তৌদে। নিংথৌনা ব্রাহ্মণগী মচা মরাইরেবা অমবু হাংলু হায়না য়াথং তাউথরবা য়াই, অদুবু মহাক ব্রাহ্মণ হাংপগী পাপ্তি চেল্লোই। নিংথৌগী অরানবা লৈবা য়াই, অদুগীদমক মহাকপু দণ্ড তৌহৈদে। অনা-য়েংবা মাইবা অমনা হীদাক থাবদা শোয়দুনা অনাবা মীবু হাংপা য়াই, অদুগা অদুগীদমক মাইববু হাংপা য়াদে। অদুনদি ধর্ম্মচেনবা অকনবা নিংথৌ পরীক্ষিৎকুম্বগী বাদি করিমুক হায়রগনি? বেদ-তুংইন পুন্সিদদি নিংথৌনা নিংথৌ অমা ওইনা শাসন তৌবসু রাজর্ষি অমা ওইনা মহাকপু শেমগৎলিবনি। নিংথৌ মাগী অকনবা শাসনগী মপান্থনা প্রজাশিংনা পুন্সি মচা তাবা অমদি অদিনা অমতা লৈতনা পানবা ওইদে। রাজর্ষিশিংনা লৈপাক কনা ধর্ম্ম কায়দনা ঙাকশেন্নবা মরম্মা মথৌ প্রজাশিংনা মহাকপু ঈশ্বরগুম্না উজে। মদুমক্তি বেদশাস্ত্রনা তাকপসু। নিংথৌবু নরেন্দ্র হায়বদি মী মরক্তা মীথোই মীহেনবা কৌয়ি। অদু ওইরবদি বুদ্ধি-লাংপা নাপল-কাবা ব্রাহ্মণ মচা অমনা গুণ-চেনবা ব্রাহ্মণগী শক্তি কংদুনসু মহারাজ পরীক্ষিৎকুম্বা নিংথৌবু করম্না দণ্ড পীকম থোকপগে?

শমীক ঋষিদি জ্ঞান-লৈবা অকবা ব্রাহ্মণ অমা ওইবা মরম্না মচানুপাগী থবক অদু য়ারমদে। মচানুপা তৌরকখিবদমক মহাক তেংথারা হোৌখি। নিংথৌদি ঋষিশিং চংনবী মতুং ইন্না শাপ তৌকম নত্তে, অদুম্না মহারাজ পরীক্ষিৎকুম্বা অকনবা নিংথৌবী বাদি করি লায়রগনি? নিংথৌনা তৌরা লোৎবদি বা ওইরা, মরম্নাদুনা মাবু শিরমসু হায়না শাপ তৌবদি অশেংবমক পুন্সীগী অচৌবা পাপ অমনি। মরমদুনা ঋষি শমীক-তা থোদোক অদু পুম্বগীদমক অমদা মুংঙাইরমদে।

### শ্লোক ৪২

ন বৈ নৃভির্নরদেবং পরাখ্যং সম্মাতুমর্হস্যবিপক্কবুদ্ধে।
যত্তেজসা দুর্বিষহেণ গুপ্তা বিন্দন্তি ভদ্রাণ্যকুতোভয়াঃ প্রজাঃ॥ ৪২ ॥

**শব্দার্থ**

ন—নত্তে; বৈ—অওইবা; হায়রগদি; কৃষ্ণ—গী কনাসা; মহারানম্—শ্রীবাইদা; পদ্ম-আখ্যম্—বিষ্ণুগী মিং; মহ্যমানুন্—মায়রা থরা; অর্হসি—প্রতীকচায়; অর্পিপক—মুদবা; বৃক্কে—বৃক্কি; যৎ—মাগী; তেজসা—শক্তিনা; দুর্বিষহেণ—হেনবা-ওমত্রবা; গুপ্তা—ঙাকশেল্লিবা; বিন্দন্তি—ফংঙী; ভদ্রানি—য়াইফবা; অকুতঃ-ভয়াঃ—অকিবা-লৈত্রবা; প্রজাঃ—প্রজাশিং ।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

হে ইপাবুপা, নবুদ্ধিদি মপুঙ ফাত্রিদো, মরমছুনা নিংথৌ হায়বসিদি মীওইবা মরক্তা অথোয়বনি অদুনা মাবু পরমেশ্বর ভগবান্‌গা মান্নৈ হায়বসি নহাক খঙদে। মহাক্কপু কদৌঙৈদস্সু মীচম অমগা মান্না য়েংফদে। মাগী চাংদমন্ঙাই-লৈত্রবা মপাঙ্গলনা ঙাকপা মরম্না প্রজাশিংনা য়াইফনা হিংবা ঙম্লিবনি।

### শ্লোক ৪৩

**অলক্ষ্যমাণে নরদেবনাম্নি রথাঙ্গপাণাবয়মঙ্গ লোকঃ।**
**তদা হি চৌরপ্রচুরো বিনঙ্ক্ষ্যত্যরক্ষ্যমাণোঽবিবরূথবৎ ক্ষণাৎ ॥৪৩॥**

**শব্দার্থ**

অলক্ষ্যমাণে—উত্রবদা; নরদেব—নিংথৌগী ওইবা; নাম্নি—মিংগী; রথ-অঙ্গ-পাণৌ—কাংগী কয়াৎ পায়বা (চক্র পায়বা) নিংথৌ; অয়ম্—মসি; অঙ্গ—হে অঙাও (অঙ্গো); লোক—জগৎ; তদা হি—মতম অদুদা; চৌর—হুরানবা; প্রচুরঃ—য়াম্নবা; বিনঙ্ক্ষ্যতি—মাঙ-তাক্লনি; অরক্ষ্যমাণঃ—ঙাকতবা মরম্না; অবিবরূথবৎ—য়াওশল্লুগুম্; ক্ষণাৎ—খুদক্তা।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

হে অঙাঃ, চক্র পায়বা ভগবান্‌গী মহুৎ নিংথৌনা শিল্লিবনি; নিংথৌ লৈত্রবদা জগৎপুম্বা হুরানবা ঙাক্কনা থল্লগনি, হুরানবশিংনা মপু-পান্দ্রবা প্রজাশিংবু য়াওগুম্বা খুদক্তা মাঙ-তাকহল্লগনি।

**নৈনরোল**

শ্রীমদ্ভাগবতম্‌গী তুংইন্না হায়রগদি নিংথৌ হায়বসি পরমেশ্বর ভগবান্‌গী মহুৎনি। নিংথৌবু ভগবান্‌গী প্রতিনিধিনি হায়বগী মরমদি জীবশিংবু অনৌবা ঈশ্বরগী ঙাকশিংবিগী শিক্ষা নিংথৌদা শিক্ষা পী। ভগবান্‌গী অংশওবা প্রতিনিধি ওইবা মহারাজ যুধিষ্ঠিরবু নিংথৌ ওইনা থিংগে হায়বগীদমক কুরুক্ষেত্রগী লাল অদু ভগবান্না থৌরাংথিবনি। কৃষ্টিদা অমসুং ভক্তিযোগদা মপূঙফানা শিক্ষা ফংলবা যিদমঙাই ওইবা লান্দা থেৌবা নিংথৌ অমনা মতীকচাবা নিংথৌ ওইবা ঙম্মী। শিক্ষা ফংদবা দায়িত্ব খঙদবা প্রজাতন্ত্রনি হায়রিবা অদুবুদি শিক্ষা-ফংবা ক্রিমিনেলশিং নিংথৌগুম্না হেন্না কৈ। আধুনিক গণতন্ত্রগী হুরানবা মীহুতশিংনা ভোট শেরাম্বা মওংদা ফংদুনা মীথমদা লেপকদবগী হোৎনৈ। ভোট-কাবা হুরানবশিংনা প্রজা মীয়াম্বু য়োংৎতুনা চাগদরক্কি থোক্লৈ। নীংথিনা শিক্ষা ফংলবা নিংথৌ অমথক্তা ফান্নগাই-ওইদবা মীকত মন্ত্রী চাম-চামদগী থোইনা হেন্না কৈ; নৈনরিবা শ্লোকসিদা পীরিবা ইঙ্গিত্তি পরীক্ষিৎ মহারাজগুম্বা নিংথৌবু মুৎথৎলবদি কলিযুগগী অওবা মায়কৈ মীয়াম প্রজাবু ওংলগনি। মাগী মতুংদা পাউগুম্বা মওংগী প্রজাতন্ত্র চৎলকপনা প্রজাশিংনা কদৌঙৈদস্সু দুখঙইবা ফংদে। অসিগুম্বা নিংথৌ-য়াওদবা প্রশাসনগী ফজা অদু মথাদা লাকদবা শ্লোকশিংদা বর্ণন তৌগনি।

### শ্লোক ৪৪

**তদদ্য নঃ পাপমুপৈত্যনন্বয়ং যন্নষ্টনাথস্য বসোর্বিলুম্পকাৎ ।**
**পরস্পরং ঘ্নন্তি শপন্তি বৃঞ্জতে পশূন্ স্ত্রিয়োঽর্থান্ পুরুদস্যবো জনাঃ ॥ ৪৪ ॥**

### শব্দার্থ

তৎ—মরমসিনা; অদ্য—ঙসিদগী; নঃ—ঐখোয়দা; পাপম্—পাপকী ফল; উপৈতি—লাকনি; অনন্বয়ম্—লাওখোৎপা; যৎ—মরমদি; নষ্ট—মাঙখ্রবা; নাথস্য—নিংথৌগী; বসোঃ—লন্‌গী; বিলুম্পকাৎ—লুটপাৎ তৌবনা; পরস্পরম্—মহৈমহৈ অমগা অমগা; ঘ্নন্তি—হাৎনগনি; শপন্তি—শিরাপ তৌনগনি; বৃঞ্জতে—হুরান্‌গনি; পশূন্—শা ঙা; স্ত্রিয়ঃ—নুপীশিং; অর্থান্—শেল্-থুম্; পুরু—য়াম্না; দস্যবঃ—হুরান্‌বশিং; জনাঃ—মীয়াম।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মরমহুনা ঙসিদগী হৌনা প্রজাবু ঙাক্‌শেন্‌বিনবা নিংথৌ লৈররোইদৌবনিনা হুরান্-চীন্থিশিংনা তৌগদবা পাপখিবিক্কুনা সমাজগী ক্যাংখোং-চাইবা হায়বহু ওইরগনি। মহৈ মহৈ অমগা অমগা মী হাৎন-শুনরগনি, শা-শন, নুপীবু হুরানগনি। পাপ ময়ামসিগীদমক ঐখোয়না দায়ীনি।

### নৈনরোল

'নঃ' হায়বা বাহৈসি শ্লোকসিগী মমুঙদা মরুওইবা শব্দ অমনি। নিংথৌগী শাসন হাৎতোকপা অহুগা, মহুনা রাজ্যগী প্রজাগী মরল হুরান্‌বা প্রজাতন্ত্রীনি ( *democrates* ) হায়শাবা মীতাশিং অয়াম্বদা সুবিধা কংহন্‌বগীদমক ব্রাহ্মণ হায়বা কাঙবুগী দায় মুনিনা লৌরম্বহু চুম্বনি। প্রজাতন্ত্রীনি হায়শাবা মীতাশিংনা লৈঙাকচুপ্পী পায়রগা প্রজাশিংগী চাওখৎনবগী দায়িত্বদি পুররোয়। মী থুদিংমক মশ মশাগী পেন্নবগীদমক্তা ফম মুন্নরগনি, অহুনা প্রজাদগী খাজনা লৌখৎনবগীদমক নিংথৌ অমগী মহুত্তা দায়িত্ব খঙদবা নিংথৌ ময়াম থোররক্লগনি। অফবা নিংথৌগী শাসন লৈত্রগদি মী থুদিংমক অতোপ্পগী মরল-মথুম, থুপী অমদি শা-শন হুরাম্নহুনা অমনা অমগী মাঙ তাক্লবগী ময়ম ওইররগনি।

### শ্লোক ৪৫

**তদার্যধর্মঃ প্রবিলীয়তে নৃণাং বর্ণাশ্রমাচারযুতস্ত্রয়ীময়ঃ ।**
**ততোঽর্থকামাভিনিবেশিতাত্মনাং শুনাং কপীনামিব বর্ণসঙ্করঃ ॥ ৪৫ ॥**

### শব্দার্থ

তদা—মতমহুদা; আর্যধর্মঃ—ফজবা শাজৎ (সদাচার); প্রবিলীয়তে—ময়েং তাথরক্লগনি; নৃণাম্—মীশিংগী; বর্ণাশ্রম—বর্ণ-আশ্রমগী; আচারযুতঃ—আচার-য়াওরবা; ত্রয়ীময়ঃ—বেদনা হায়বা; ততঃ—অহুগী তুংদা; অর্থ—শেল; কাম—অপাম্বা; অভিনিবেশিত—লুপ্না; আত্মনাম্—মীশিংগী; শুনাম্—হুইশিংগী; কপিনাম্—য়োংশিংগী; ইব—ঙুম্না; বর্ণসঙ্করঃ—লায়বা অঙাঙ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতমহুদা মী পুম্নমক্কী বর্ণাশ্রমগী হৌনবী বেদনা তাকপা আর্যধর্ম (অফবা শাজৎ হায়বদি সদাচার) মাঙথররক্লগনি। মতমহুদা মী পুম্নমক হুই অমদি য়োংগী মতৌগুম্না মশা মশাগী শেল অপাম্বদা পুক্নিং লুপ্পরগনি, মরমহুনা বর্ণশঙ্কর (লায়বা মচা) পোক্লরগনি।

নৈনরোল

নিংথৌগী শাসন লৈত্রবদা হুই-য়োংগুম্বা বর্ণসঙ্কর ওাক্তা ওায়রগনি হায়না নৈনরিবা শ্লোকসিদা হায়রি। য়োংশিংনা য়াম্না কাহেন্না পাদোংনীওবগুম্না অহুগা হুইশিংনা পাদোংনীওলকপদা মীমাঙ-প্রোমাঙ থঙদবমথে ইকাই-নাইদবগুম্না লান্নমা পোকপা মীয়াম্না বেদনা তাকপা বর্ণাশ্রমধর্ম্ম হায়বা লমচৎ কঞ্জবহু চৎলরোই।

বেদনা তাকপা পুন্সি মরেন্দি আর্য্যসভ্যতাগী চাওখৎ থোঙথাঙনি। আর্য্যাশিংনা বৈদিক সভ্যতাদা চাওখৎলম্মী। বৈদিক সভ্যতাগী পন্থুংদি পরমেশ্বর ভগবান্গী মনাক্তা হায়বদি জীবশিংগী-ময়ুমদা হায়বদি শিবা-পোকপা-হন্নরকপা অমদি অনায়েক লৈতবা মকমহুদা (মর্ত্তলোকসিদগী) হন্‌বনি। সংসারগী অমম্বদা লৈতনবা অহুগা প্রাকৃত আকাশগী বাংমদা লৈবা দিব্যধামগী মঙাল তম্না মায়গৈ পাংবা ওম্নবা বেদনা মীপূম খুদিংদা পাউতাক পীরি। গুণগী মতুং ইন্‌বা বর্ণাশ্রম হায়বা ধর্ম্মসি ভগবান্না অমস্তুং মাগী প্রতিনিধি ওইবা মহাঋষিশিংনা শীন্দুনা লিংলম্বনি। চপচাবা পুন্সিমরেন্না প্রাকৃত অমস্তুং প্রাকৃত-নস্তবা পোত্তাশিং উৎতুনা পীগদবা পাউতাক পী। বৈদিক জীবন হায়বহুনা কনামতবু হুই-য়োংগুম তৌগন্নু হায়। ইন্দ্রি-পেন্নবা অমস্তুং শেল-তান্নবগী লৈবা লৈখা তাববা সভ্যতাদি ঈশ্বর-থাজদবা অমদি নিংথৌ-য়াওদবা প্রজাগী শাসন হায়বহুদগী থোরকপনি। মরমসিনা প্রজা মীয়াম্না মথোয়না লন্নাই থল্লবা মীনা হৈতনা তৌবা শাসনবু পামফদে।

শ্লোক ৪৬

ধর্ম্মপালো নরপতিঃ স তু সম্রাড্‌বৃহচ্ছ্‌বাঃ।
সাক্ষান্মহাভাগবতো রাজর্ষির্হয়মেধয়াট্‌।
ক্ষুত্তৃট্‌শ্রমযুতো দীনো নৈবাস্মচ্ছাপমর্হতি॥ ৪৬॥

শব্দার্থ

ধর্ম্মপালঃ—ধর্ম্ম ওাকপা; নরপতিঃ—নিংথৌ; সঃ—মহাক; তু—অহুবু; সম্রাট্‌—নিংথৌরেন; বৃহৎ—য়াম্না; শ্রবাঃ—মিংচৎলবা; সাক্ষাৎ—শংশংনা; মহাভাগবতঃ—ভগবদ্ভক্ত অথোয়বা; রাজা-ঋষি—নিংথৌলক্তা ওইবা ঋষি; হয়-মেধয়াট্‌—শগোলগী যজ্ঞ তৌবা মী; ক্ষুৎ—চাকলাম্বা; তৃট—ইথৌলাংবা; শ্রমযুতঃ—হকচাঙ-চোকথরবা; দীনঃ—তরাম্না তৌবিত্রবা; ন—নত্তে; এবম্—অসুম্না; অস্মাৎ—ঐখোয়না; শাপম্—শিরাপ; অর্হতি—মতীক ওই।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নিংথৌরেন পরীক্ষিৎ ধর্ম্ম-ওাকপা নিংথৌনি। মহাক ভগবান্গী মিং-চৎপা মহাভক্ত অমনি। মহাক রাজর্ষিনি অহুগা অশ্বমেধ-যজ্ঞ য়াম্না তৌরবা নিংথৌনি। অরাম্-থৌরাংবনা চোকথরবা তরাম্না কৌশন্‌বিত্রবা মহাকপু ঐখোয়না শাপ তৌবদি চুম্‌দে।

নৈনরোল

নিংথৌগী পলবীগা মরী লৈনবা চৎনবী-নিয়ম ব্যাখ্যা তৌরবা মতুংদা অহুগা নিংথৌনা অরান্‌বা থবক থক তৌদে অহুনা মাবু দণ্ডি পীফম থোক্তে হায়বহু ওাওলবগী মতুঙদা শমীক মুনিনা মহারাজ পরীক্ষিৎকী মরমদা বা থরা হায়নীংথি। মহারাজ পরীক্ষিৎকী থোইদোকপা মগুণশিংহু শমগৎনা

মকমসিদা নৈনরি। মহারাজ পরীক্ষিৎপু নিংথৌ অমা ওইনা থন্নবদা মহাক নিংথৌগী ধর্ম্ম ঙাকপা মিংচৎপা নিংথৌ অমনি। সমাজগী বর্ণাশ্রম পুম্নগী মথৌশিংতু শাস্ত্রদা তাকপি। ভগবদগীতাদা (১৮।৪৩) য়াওরিবা ক্ষত্রিয়গী গুণ পুম্নমক শুনা পরীক্ষিৎ মহারাজগী মপাদা য়াওদ্রি। মহাক ভগবানগী মহাভক্ত অমনি অমসুং আত্মা উপলব্ধি-তৌরবা মীনি। অসিগুম্বা নিংথৌবু অরাম্-খোমাংবনা চোক থন্নবা মতমদা শাপ তৌবদি হৌনদে। মহারাজ পরীক্ষিৎপু শাপ তৌরম্লসে মায়কৈ পুম্নমক থন্দ্রকপা চুম্নবা থবক অমনি হায়বা শমীক ঋষিনা য়ারম্মী। থৌদোক অমসুদা ব্রাহ্মণ লোইনমক য়াওরম্বা নত্রবদি ব্রাহ্মণ মচা অমগী অঙাঙমান্বা থৌদোক্তুনা পৃথিবী পুম্নগী মওং ওনখি। মতৌ অসুম্না জগৎকী মওং হন্দোকপগী দায়িত্বতু ঋষি শমীক হায়বা ব্রাহ্মণ অমনা লৌখি।

শ্লোক ৪৭

**অপাপেষু স্বভৃত্যেষু বালেনাপক্ববুদ্ধিনা।**
**পাপং কৃতং তদ্ ভগবান্ সর্ব্বাত্মা ক্ষন্তুমর্হতি ॥ ৪৭ ॥**

শব্দার্থ

অপাপেষু—পাপ চেন্দবা; স্বভৃত্যেষু—মশামকী ভক্তদা; বালেন—অঙাঙনা; অপক্ব—শংলিবা; বুদ্ধিনা—বুদ্ধিনা; পাপম্—পাপ; কৃতম্—তৌবা; তৎ ভগবান্—মরমতুনা ভগবাননা; সর্ব্ব আত্মা—পুম্নমক্তা শীঙ্খংনা লৈরিবা; ক্ষন্তুম্—ঙাকপীবা; অর্হতি—মতীক চায়।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে ভগবান্, নহাক্তি পুম্নমকী অন্তর্য্যামীনি, ঐগী ইচাগুপাসি বুদ্ধি লৈতবা অঙাঙনি, মরমতুনা মহাক্না পাপ-চেন্দবা নহাকী ভক্তগী মকমদা অয়ানবা তৌরে; মরমতুনা অঙাঙসিবু ঙাকপীয়ু।

নৈনরোল

ধর্ম্মিক ওইগে ওইয়ু পাপী ওইগে ওইয়ু, মী খুদিংমক মানা মানা তৌবা থবকী দায়ীনি। শমীক ঋষিদো মচাগুপানা মহারাজ পরীক্ষিৎপু শাপ তৌতুনা পাপ অচৌবা অমা তৌরে হায়বসি উরম্মী। মহারাজতুদি ব্রাহ্মণশিংনা ঙাকশেনকম থোকপনি, মহাক্তি ভগবদ্ভক্ত অথোইবা অমা ওইবনা ধর্ম্মচেন্বা নিংথৌ ওইরম্মী অমসুং পাপ অমতা তৌরমদে। ভগবদ্ভক্ত অমদা লান্নুবদা মরালতুগী ফলদগী নাম্থোকপা য়াম্না বাই। ব্রাহ্মণশিংদি বর্ণ পুম্নমকী মকোক থোংবনিনা মথাথাবশিংবু ঙাকশেন্নবা লৈগদবনি, মখোয়দা শাপ তৌগদবা নত্তে। ব্রাহ্মণ অমনা য়াম্না শাউনা মথাথাবা ক্ষত্রিয় নত্রগা বৈশ্য অমদা শাপ তৌবা য়াবা মতম লৈ, অদুবু হায়না মথক্তা হায়খিবতুনি মহারাজ পরীক্ষিৎকী মতাংদদি শাপ তৌনবগী মরম লৈতে। অপঙবা অঙাঙতুনা ব্রাহ্মণগী মচাগুপা অমা ওইবগী নাপল্লা শাপ তৌথোক্লুরে, মরমতুনা ভগবানগী বিধি মতুং ইন্না মাবু শাস্তি পীবা চুম্বনি। ভগবান্না মাগী শুদ্ধ ভক্ত অমবু শাপ তৌবদি কদৌঙৈদসু ঙাকপীরোই। মরমসিনা অপঙবা শৃঙ্গিতু নিংথৌবু শাপ তৌতুনা পাপ তৌবদা নত্তনা খ্বাইদগী চাউবা অপরাধ অমা তৌরে। মরমসিনা পরমেশ্বর ভগবান্তনা খুবিগী মচাগুপাবু প্রণাল-ভঙ্গী করম্বিবা ওবগনি হায়বনি বুদ্ধিনা উখি। মরমতুনা মহাত্মা ওইথোক্তবা ওইবোকচন্বা ভগবানদা ঙাকপীনবা প্রার্থনা তৌবকনি। প্রার্থনা বুদ্ধি লৈতবা মচাগুপাগী পক্ষদা তৌবনি।

মহারাজ পরীক্ষিৎপু সংসারদগী উত্তার তৌবিগে হায়বগীদমক কীভম অথীবা অমদা মহাক্রপু ভগবান্না লংথরক্লনি হায়রগা করিগীদমক ব্রাহ্মণ-মচা অমবু অপরাধতুগী দায়ী ওইহল্লিবনো হায়বা বাহং অমা হংবা য়াই। অরানুবা থবক অঙাঙ অমনা তৌরম্বগী মরমদি অঙাঙনা তৌবনি হায়না লায়রনা ঙাকেপিবা য়াই, মরমতুনা মপাগী প্রার্থনাতু য়াবিথি। অতুবু ব্রাহ্মণ সম্প্রদায় পুন্নমক্লা কলিবু অপাংকী ইন্নাংদা য়াওনহনবগীদমক দায়ী ওইগদৌরিবনো হায়বা বাহংসি হংবা তারবদি মতুগী পাউখুম ওইনা বরাহ পুরাণ-দা হায়রি, মতুদি—ভগবান্গী য়েক্লবা ওইবা শাজং চংলম্বা অতুগা ভগবান্নদি হাংহৌদ্রবা হিংচাবশিংবু কলি চঙলকপদা সুবিধা লৌননবগীদমক ব্রাহ্মণগী শাগেদা পোকপতু য়াবিথি। ঙাকপিহৈবা ভগবান্না মখোয়বু ব্রাহ্মণ-শাগেদা পোকহল্লগা মোক্ষগীদমক অকারম ফংবা য়াগত্রা হায়না ব্রাহ্মণগী ইমুঙদা পোক্লবা তাঙ্গা অমা মখোয়দা পীবিথি। অতুবু হিংচাবশিংতুনা ফংলম্বা সুবিধাতু নিঙথিনা শীজন্নবগী মতুত্তা ব্রাহ্মণ ওইরকপগী নাপন্না ব্রহ্মণ্যধর্ম্মবু শেন্নান্ননা শীজন্নথি। মতুগী চপ-চাবা খুদমদি শমীক মুনিগী মচাসুপানি, ব্রাহ্মণশিংগী মচা অপঙবশিংদা খুদমসিনা তাকপদি শৃঙ্গিগুম্না পঙদনবা অতুগা মখোয়গী নহালমুক্কী মপোক্তা হিংচাবা ওইরম্বগী গুণশিংতু হুঙ্গল্লক্কনবা মতম পুম্বদা চেকশন্নবা হোৎনবা হায়বসিনি। অপঙবা অঙাঙ শৃঙ্গিতু ভগবান্না ঙাকপিথি, অতুবু শমীক ঋষিগুম্বা মপা ফংদবা অতৈ অঙাঙদি মখোয়না ব্রাহ্মণগী ইমুঙদা পোকপগী খুদোংচাবতু শেন্নান্না শীজন্নরগদি অরাবদা তাগনি।

### শ্লোক ৪৮

**তিরস্কৃতা বিপ্রলব্ধাঃ শপ্তাঃ ক্ষিপ্তাঃ হতা অপি।**
**নাস্য তৎপ্রতিকুর্বন্তি তদ্ভক্তাঃ প্রভবোঽপি হি॥ ৪৮॥**

### শব্দার্থ

তিরস্কৃতাঃ—চৈরবা; বিপ্রলব্ধাঃ—নমৃথাকপিরবা; শপ্তাঃ—শাপ তৌবিরবা; ক্ষিপ্তাঃ—থৌশাবিদবগী লাংতক্লরবা; হতাঃ—হাৎলবা; অপি—সু; ন—নত্তে; অস্য—মসি পুম্বগীদমক; তৎ—মখোয়দা; প্রতিকুর্বন্তি—লমনখুম্নী; তৎ—ভগবান্ মহাক্কী; ভক্তাঃ—ভক্তশিং; প্রভবঃ—শক্তি-চেন্নবা; অপি—সু; হি—লেপমক।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ভগবদ্ভক্তশিংদি কয়ামুক অথাঙ কন্বগে হায়ববু মখোয়বু থীনা চৈরবা, নমৃথাকপীরবা, শাপ তৌরক্লবা, থোয়রাংহল্লবা, থওইনা উৎশীৎলবা নত্রগা হাৎলবা ফাওবদা মখোয়না লমন্ খুম্নীঙদে থক্।

### নৈনরোল

ভক্ত অমগী মফমদা অপরাধ তৌবা মীবু ভগবান্না ঙাকপীদে হায়বতু ঋষি শমীকনু খঙলম্মী। ভক্তগী মফমদা অপরাধীতুনা চঙজগদবনি হায়বতুদা ভগবান্না ভাকপিবা ঙম্মী। মহারাজ পরীক্ষিৎ নিপামচাতুদা হন্না শাপ তৌরক্লবদি অঙাঙতুবু কন্বিগনি হায়বসি ঋষিনা খঙলম্মী। সংসার-বিষয়গী মরমদা অমাঙ অতোঙ ওইরকপগী মতাঙদা ভক্ত অশেঙবনদি করিমতা থৌশাদে হায়বসিসু ঋষি শমীকনা খঙলম্মী। অসুম তৌবসিনা, ভক্তশিংনা মখোয়বু নিন্দা তৌরকপদা, শাপ তৌরকপদ', নত্রগা থৌশাবিরক্ত্রবদা লমন খুম্নী হায় করিমতা থক্তে। মহারাইগী মফমদদি ভক্তশিংনা করিমতা থৌশাদে; অতুমদি ওইগা 'ভগবান্গী অমদি ভক্তগী বিলক্তা তৌনা ক্লবা থবকপুদি ভক্তশিংনা

অকনবা থবক পায়খৎলী। হন্দক থোক্লিবসি মহারাজ পরীক্ষিৎকী লম্নাই ওইবা রাকয়ি অদুনা মহারাজনা লমন খুম্বগী রাখল্লোই হায়বসি শমিক ঋষিনা খঙলম্মী। মরমসিনা বুদ্ধি-রাৎপা অঙাঙবুগী-দমক ভগবান্দা প্রার্থনা তৌবা নত্তনা অতৈ গতি লৈয়মদে।

ব্রাহ্মণশিংতনা মথাথাবশিংদা শাপ তৌবা মতুংগা বর পীবগী শক্তি চেন্‌বা নত্তে; ভগবদ্‌ভক্ত অমনা ব্রাহ্মণ নৎত্রবসু ব্রাহ্মণ অমদগী হেন্না শক্তিচেল্লিবনি। অদুবু শক্তিচেন্‌বা ভক্তনা মরম্নাই কান্নবগীদমক মাগী শক্তিদু অরেম্বদা শীজিন্নদে। ভক্তগী লৈজবা শক্তিদি ভগবান অমসুং ভক্ত-শিংগগী সেবাদদা মতম পুম্বদা শীজিন্নৈ।

শ্লোক ৪৯

ইতি পুত্রকৃতাঘেন সোঽনুতপ্তো মহামুনিঃ।
স্বয়ং বিপ্রকৃতো রাজ্ঞা নৈবাঘং তদচিন্তয়ৎ ॥৪৯॥

শব্দার্থ

ইতি—মতৌ অসুম্না; পুত্র—মচানুপানা; কৃত—তৌবা; অঘেন—পাপ অদুনা; সঃ—মহাক; অনুতপ্তঃ—তুংদা মুংঙাইরমদে; মহামুনিঃ—মহামুনিনা; স্বয়ম্—মশাবু; বিপ্রকৃতঃ—ঈকাইবা পিখিবা; রাজ্ঞা—নিংথৌনা; ন—নত্তে; এব—লেপ্পমক; অঘম্—পাপ; তৎ—মদু; অচিন্তয়ৎ—খল্লম্মী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতৌ অসুম্না মহামুনিনা মচানুপানা তৌখিবা পাপ অদুগী অনুতাপ তৌখি, অদুগা নিংথৌনা মুনি মশাবু ঈকাইবা পীখিবগী রাদুদি করিমতা খল্লমদে।

নৈনরোল

মসি পুম্বা হৌজিক্তি শেংলে। মহারাজ পরীক্ষিৎনা লিল অশিবা অমনা লৈপরে ওইনা মুনিদা শীহনখিবদু অদুক হাক্না শাথীবা মরাল নত্তে, অদুগা শৃঙ্গিনা নিংথৌদা তৌবা শাপ অদুদি শাথীবা দোষ অমনি। শাথিবা দোষদু অঙাঙ অপীকথক্না তৌবনি, মরমদুনা অঙাঙবু ভগবান্না ঙাকপীকম থোকয়ি, তৌবগীবুদি পাপকী ফল কোকপদি ওইথোক্‌রবসু। মহারাজ পরীক্ষিৎ অপঙবা বামোন-মচাদুনা মশোন্দা তৌরকপা শাপ অদু রারোইরমদে। রারৌবগী মহুত্তা, শাপ অদুনা মাগী ওইরম্বা কীভমদু অতোম্না মওংদা কান্নবা থোরাংখি। ভগবানগী ইচ্ছানা মহারাজ পরীক্ষিৎ শ্রীলশুকদেব গোস্বামীগী কৃপাদগী পুন্সি মহে য়ানখি। থোকখিবা পুম্বা তশেংনা ভগবানগী ইচ্ছানি, অদুগা মহারাজ পরীক্ষিৎ, ঋষি শমীক অমসুং মচানুপা শৃঙ্গি থোয়সি ভগবানগী নীঙবা থুংনবগী থুৎলাই ওইরি। মরমদুনা মথোর কনামত্তা অরাবদা তাখিদে, মরমদি তৌরুবা থবক খুদিংমক ভগবানগী মরমগীদমক তৌবা ওইরি।

শ্লোক

প্রায়শঃ সাধবো লোকে পরৈর্দ্বন্দ্বেষু যোজিতাঃ।
ন ব্যথন্তি ন হৃষ্যন্তি যত আত্মাঽগুণাশ্রয়ঃ ॥৫০॥

### শব্দার্থ

**প্রায়শঃ**—অয়াম্বা মতমদা; **সাধবঃ**—সাধুশিংনা; **লোকে**—জগৎসিদা, **পরৈঃ**—অতৈনা; **দ্বন্দ্বেষু**—তুমাদা; **যোজিতাঃ**—তাহনবা; **ন**—নত্তে; **ব্যথন্তি**—বায়; **ন**—নত্তেঃ **হৃষ্যন্তি**—হরাওয়ি; **যতঃ**—মরমদি; **আত্মা**—মশামকঃ **অগুণ-আশ্রয়ঃ**—প্রাকৃত-নত্তবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অয়াম্বা মতাঙদা জগৎসিদা মী অতোপ্পনা অৱা-নুংঙাইবগী তুমাদা তাহল্লবস্থ থোইনা বাবস্থ তৌদে হরাওববু তৌদে, মরমদি মখোয়গী আত্মদি প্রাকৃত গুণদা লুপ্তে।

### নৈনরোল

সাধুশিং হায়বদি জ্ঞানি (মায়াবাদী), যোগী অমুগা ভগবন্তক্তশিংসিনি। মায়াবাদীশিংনা ব্রহ্মদা তিন্বা পাম্মী, যোগীশিংনা অন্তর্য্যামি পরমাত্মাবু উবা পাম্মী অমুগা ভগবন্তক্তশিংনা ভগবান্গী প্রেম-সেবা তৌবা পাম্মী। ব্রহ্ম, পরমাত্মা অমসুং ভগবান্ হায়বসি অদ্বয়তত্ত্বগী শকম্ তোঙান্বা ভাক্লিনা সাধু পুম্নমক প্রাকৃত গুণ অমুমগী বাংমদা লৈ। সংসারগী অৱা-নুংঙাই পুম্নমক গুণ অমুমসিদগী থোরকপনি, মরমমুনা সংসারগী অৱা-নুংঙাই সাধুশিংদা চঙদে। মহারাজ পরীক্ষিৎতি ভক্ত অমনি অমুগা শমীক ঋষিসু যোগী অমনি, অমুন' মখোয় অনীমক ভগবান্গী ইচ্ছাদগী ওইখিবা থোদোক্কুনা থোইনা পুক্নিঙ হকচল্লুবা লৈতে। ভগবান্গী ইচ্ছাদু পুরণ ওইনবগীদমক শাপশিংবা অঙাঙ অমবু নিমিত্ত ওইহনখিবনি।

অস্মুম্না ব্রহ্মসূত্রভাষ্য শ্রীমদ্ভাগবতম্গী অহান্বা স্কন্দদা 'পরীক্ষিৎতা ব্রাহ্মণ মচাগী শাপ' কৌবা তরানিপাল শুবা অধ্যায়গী ভক্তিবেদান্তগী নৈনরোল লোইরে।

-:( ● ):—

# তরামাপনশুবা অধ্যায়

## শ্রীলশুকদেব গোস্বামীনা লেঙলকপা

### শ্লোক ১

**সূত উবাচ**
**মহীপতিস্ত্বথ তৎকর্ম্ম গর্হ্যং বিচিন্তয়ন্নাত্মকৃতং সুদুর্ম্মনাঃ।**
**অহো ময়া নীচমনার্য্যবৎকৃতং নিরাগসি ব্রহ্মণি গূঢ়তেজসি॥ ১॥**

### শব্দার্থ

সূতঃ উবাচ—সূত গোস্বামীনা হায়রম্মী; মহীপতিঃ—নিংথৌ; তু—অদুবু; অথ—অদুম্না (য়ুমদা হল্লক্লগা); তৎ—মদু; কর্ম্ম—থবক; গর্হ্যম্—তুকচনগাই ওইবা; বিচিন্তয়ন্—খন্দুনা; আত্মা-কৃতম্—মশামক্না তৌখিবা; সুদুর্ম্মনাঃ—পূক্নীং-সুংঙাইতবা; অহো—ওস্থোকপনি; ময়া—ঐনা; নীচম্—তোল্লবা; অনার্য্য—লৈপাকমচা তাদবা; বৎ—কুম্না; কৃতম্—তৌবা; নিরাগসি—দোষ-লৈতবা; ব্রহ্মণি—ব্রাহ্মণদা; গূঢ়—অথুপ্পা; তেজসি—শক্তি-লৈবদা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীসূত গোস্বামীনা হায়রম্মী—য়ুমদা হল্লক্লগা নিংথৌনা (মহারাজ পরীক্ষিৎনা) লাঙদবা অমদি শক্তিচেনবা ব্রাহ্মণ অমদা মানা তৌরুবা থবক অদু তুকচনগাইনি অমসুং লৈপাকমচা তাদবা থবক্নি হায়না খল্লম্মী। মরমদুনা মহাক্কী থবায় সুংঙাইরমদে।

### নৈনরোল

ধর্ম্ম-চেনবা নিংথৌদুনা লাঙদবা অদুগা তেজ-লৈবা ব্রাহ্মণদুদা নত্তবা ব্যবহার মকম মরাং খণ্ডনা তৌরুবগীদমক মথবায় সুংঙাইরমদে। নিংথৌগুম্বা (মহারাজ পরীক্ষিৎকুম্বা) মী অফবগীদি অসিগুম্বা অনুতাপ তৌবসে হৌনশানি। অসিগুম্বা অনুতাপ-না ভক্ত অমবু মানা খণ্ডহৌদনা তৌরুবা পাপ পূম্নমক কোকহল্লী। ভক্তশিংদি মহৌশানা দোষ-চেন্দবনি। খণ্ডহৌদনা ভক্ত অমনা তৌবা পাপশিংদি করিগীদমক তৌরুবনো হায়না কোম্থংদা সুংঙাইরক্তে; ভগবান্গী কৃপানা ভক্তনা তৌগে হায়না তৌরুবা নত্তবা পাপশিংদু অনুতাপ কৌবা মৈনা চাকথেক্লনা তুম্মি।

### শ্লোক ২

**ধ্রুবং ততো মে কৃতদেবহেলনাদ্ দুরত্যয়ং ব্যসনং নাতিদীর্ঘাৎ।**
**তদস্তু কামং হ্যঘনিষ্কৃতায় মে যথা ন কুর্য্যাং পুনরেবমদ্ধা॥ ২॥**

শব্দার্থ

ধ্রুবম্—শোয়দবা; ততঃ—মরমদুনা; মে—ঐগী; কৃত-দেব-হেলনাৎ—ভগবান্‌গী য়াথং ইল্লুদবনা; দুরত্যয়ম্—য়াম্না বাগদৌবা; ব্যসনম্—খুদোংথীবা; ন—নত্তবা; অতি—য়াম্না; দীর্ঘাৎ—লাপপ্রবা; তৎ—মদু; অস্তু—ওইসনু; কামম্—(খাকপা-লৈতবা) অপাম্বা; হি—লেপ্পমক; অঘ—পাপ; নিষ্কৃতায় —নাম্বোক্লবা; মে—ঐগী; যথা—অদুনা; ন—বস্তে; কুর্য্যাম্—ঐনা তৌপনি; পুনঃ—অমুক হন্না; এবম্—অসুম্না; অদ্ধা—চংচংনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(মহারাজ পরীক্ষিৎনা খল্লম্মী) পরমেশ্বর ভগবান্‌গী য়াথং থোশাদবা মরম্না ইকুই কুইদনা ঐগী খুদোংথীবা অমা লাকপা শোয়দ্রবনি। খুদোংথীবদু হৌজিক হৌজিক লাকপা ঐ পাম্মী, মরমদি মদুম তৌরবদি প্যাপকর্ম্ম তৌরবগী প্রায়শ্চিত্ত ওইগনি অদুগা ঐসু অদুগুম্বা দোষদু অমুক হন্না তৌররোই।

নৈনরোল

শন-ব্রাহ্মণবু ঙাকশেনগদবনি হায়বসে ভগবান্‌গী য়াথংনি। ভগবান্ মশামক শন-ব্রাহ্মণগী য়াইফনবা লৈব্রিবনি। (গো ব্রাহ্মণ-হিতায় চ)। মসি পুম্নমক মহারাজ পরীক্ষিৎতি খঙঙী, অদুনা ব্রাহ্মণ অমবু ঈকায়বা পীরুবগীদমক ভগবান্না শাস্তি পীবা হায়বসিদি শোয়দ্রবনি, মরমদুনা মঙোন্দা খুদোংথীবা অমা থুনমক থোক্লবা য়াই হায়না খল্লম্মী। মরমদুনা খুদোংথীবদু মহাক মশামক্তা থোক্লবা অদুগা মাগী পরিবারদা থোক্লদবা হায়বদু পামজরম্মী। মী অমনা চংলুবা কত্তবা শাজংনা মাগী ইমুঙগী মী খুদিংমক্তা শোকয়ি। মরমদুনা মহারাজ পরীক্ষিৎনা খুদোংথীবদু মশা মথন্তমক ফংবা প্যাম্মী। মশামক্না অন্নাবা নংজরবদি মতুংদা পাপ অমুক তৌনীংলরোই। অদুগা মাগী পাপ অদু প্রায়শ্চিত্ত তৌরবনিনা মাগী পাপকীদমক মচা-মশুশিংনা অবাবা ফংলরোই। দয়িত্ব খঙবা ভক্ত অমনা মদুম্না খল্লী। ভক্ত অমগী পরিবায়নসু ভক্তদুনা ভগবৎ-সেবা তৌবগী ফল ফংবা য়াওই। মহারাজ প্রহ্লাদনা মশামকী ভক্তিনা মপা হিংচাববু কনবিখি। পরিবার অমদা মচা ভক্ত য়াওরবদি মহাক্তো ভগবান্না পীবদা খ্বাইদগী হেন্না চাউবা বর (অপাম্বা পোৎ) নন্নগা আশীর্ব্বাদনি।

শ্লোক ৩

অদ্যৈব রাজ্যং বলমৃদ্ধকোশং
প্রকোপিতব্রহ্মকুলানলো মে।
দহত্বভদ্রস্য পুনর্ন মেঽভূৎ
পাপীয়সী ধীর্দ্বিজদেবগোভ্যঃ ॥৩॥

শব্দার্থ

অদ্য—ঙসি; এব—মক; রাজ্যম্—লৈবাক; বলম্—লাম্মী; ঋদ্ধ—ময়াঙ-কায়রবা; কোশম্—শেঙৈ; প্রকোপিত—শাউহল্লবা; ব্রহ্মকুল—ব্রাহ্মণ শাগেগী; অনলঃ—মৈনা; মে—ঐগী; দহতু—চাক্লসনু; অভদ্রস্য—হৌন-খঙদবগী; পুনঃ—অমুক হন্না; ন—নত্তে; মে—ঐগী; অভূৎ—ওইবা য়াহি; পাপীয়সী—পাপকী; ধীঃ—বুদ্ধি; দ্বিজ—ব্রাহ্মণ; দেব—ভগবান্; গোভ্যঃ—শন্মশিং।

## মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ঐহাক হৌন-খঙদবা অমনি, মরমহুনা ঙসিমক ঐগী রাজ্য, লাম্মী, অহুগা লোই-খম্বা-লাইদবা পূকৈ-নচিংবা সম্পত্তি পুম্বা শাউরবা ব্রাহ্মণ শাগেগী মশক ওইবা মৈবা চাক্লুনা উং ওল্লসমু। অহুম তৌরবদি অমূক হন্না শন-ব্রাহ্মণ অমদি লাইশিংবু ওং-নৈননবা ফত্তবা বুদ্ধিহু ঐগী ওইররোই।

## নৈনরোল

মীওইবগী সভ্যতা চাওখৎলকপা হায়বসিগী য়ুম্ফমদি ব্রহ্মণ্য কৃষ্টি, কৃষ্ণভাবনা অমসুং শন-শাবু ঙাকশেন্‌বনা ওইবনি। হায়রিবা মরম ময়ামসিগীদমক্তা লল্লোন্‌ ইতিক অমসুং শিল্প শঙ লিংখৎ-তুনা রাজ্যগী চাওখৎলকপা শেম্ব্রম্‌দো শীজন্নগদবনি; নত্রগদি শেম্ব্রম্ চাওখৎপা পুম্নমক মীওইবগী লৈখা তানবগী মরম ওইগনি। শন্‌বু ঙাক-শেন্‌বা হায়বদি ব্রহ্মণ্য কৃষ্টিবু য়োকপা হায়বনি, মহুনা কৃষ্ণ-ভাবনাগী মায়কৈদা মীওইববু চিংশন্‌গনি। মতৌ অসুম তৌরগা মীওইবগী সভ্যতা চাওখৎপগী খম থেংগনি। কলিয়ুগনা মীওইবগী পুন্সিদা চৎকদবা অৱাংবা নীতিশিংবু মুথৎনবা হোৎনরি; মহারাজ পরীক্ষিৎনা জগৎসিদা কলিনা খুত্থম চন্নদনবা হোৎন-হোৎননা কলিনা মাগী ওইবা পুঙফম অমদা চঙলকখি, অহুনা মহারাজ পরীক্ষিৎকুম্বা লিংজেন-কন্‌বা নিংথৌনফাওবা অরাম-খৌরাংবদগী পোকপা অশাউবা মতেক অমনা ব্রহ্মণ্য-কৃষ্টিবু থওইরমদে। মফম খঙদবদগী থোকখিবা থৌদোকীদমক মহারাজ পরীক্ষিৎ অনুতাপ তৌখি, অহুনা মানা হৌনখঙদবা লীচং চৎলুবগীদমক মাগী রাজ্য, লাম্মী, লঙৈনচিংবা সম্পত্তি পুম্বা ব্রাহ্মণকুলগী মৈরিনা চাক্লুনা উং ওল্লসমু হায়না খন্‌খি।

ব্রহ্মণ্যধর্ম্মগীদমক, কৃষ্ণভাবনাগীদমক অমসুং শন ঙাকপগীদমক লন অমসুং পাঞ্জলবু শীজন্নরবদি রাজ্য অমসুং য়ুম অনীমক মাঙ-তাকপা হায়বহু শোয়দ্রবনি। ঐখোয়না পৃথিবীসিদা শান্তিগা চাওখৎপগা পান্নবদি নৈনরিবা শ্লোকসিগী পাওমেলহু লৌগদবনি। মরমহুনা রাজ্য খূদিংনা মশা মশাবু শেংদোক্লবগীদমক ব্রহ্মণ্য কৃষ্টিবু, আত্মা-উপলব্ধিগীদমক কৃষ্ণভাবনাবু, অমসুং শক্লোম মরাঙ কায়নবগীদমক অহুগা মপুঙফাবা সভ্যতা লৈহন্নবগীদমক খ্বাইদগী ফবা চীঙ্গাক ফংনবগীদমক শন-ঙাকশেনববু থোইনা হেক্কৎহন্নবা হোৎনগদবনি।

## শ্লোক ৪

> স চিন্তয়ন্নিত্থমথাশৃণোদ্ যথা
> মুনেঃ সুতোক্তো নির্ঋতিস্তক্ষকাখ্যঃ।
> স সাধু মেনে নচিরেণ তক্ষকা-
> নলং প্রসক্তস্য বিরক্তিকারণম্ ॥৪॥

## শব্দার্থ

সঃ—মহাক (নিংথৌনা); চিন্তয়ন্—খন্দুনা; ইত্থম্—মসুম্না; অথ—হৌজিক; অশৃণোৎ—নাকোঙনা তারম্মী; যথা—গুম্না; মুনেঃ—মুনিগী; সুতউক্তঃ—মচানুপানা হায়বা; নির্ঋতি—শিবা (মৃত্যু); তক্ষক-আখ্যঃ—তক্ষক লিন্‌গী মরীদা; সঃ—মহাক (নিংথৌ); সাধু—ফরে (হায়না); মেনে—লৌখি; ন—নত্তে; চিরেণ—থীন্নঃ (নচিরেণ—থীন্‌বা লৈতনা); তক্ষক—তক্ষক লিম; অনলম্—মৈ; প্রসক্তস্য—লম্ব্রম-থিবরাদা লুম্না মীগী; বিরক্তি—পাম্নত্তবা; কারণম্—মরম।

## মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অপুন্না নিংথৌনা অনুতাপ তৌরিঙৈদা মুনিগী মচানুপাকা তৌখিবা শাপ মতুং ইন্না তক্ষকলিন্না চিক্লগা থুনমক শিরগনি হায়রবা পাউত্থু ফংখি। নিংথৌনা লাউচ্চনবু অফবা পাউনি হায়না লৌখি, মরমদি মহুৎনা বিষয়াদা লুপ্তা মহাক্না বিষয়াবু পামদবা ওয়গনি।

## নৈনরোল

পোক্ল-শির হায়বগী হঙ্গন্‌বসি তোক্লগা চিন্ময়রাজ্যদা লৈবদনা তশেংবা মুংঙাইবা ফংগদবনি। ভগবান্‌গী নাক্তা হন্‌বা ওয়গদা অমূক পোক অমূক শি তৌবগী হঙ্গন্‌বসি ঐথোয়না তোকহন্‌বা ওয়গনি। প্রাকৃত জগৎসিদা খ্বাইদগী ৱাংলেন্‌-ৱাংবা লোক (ব্রহ্মলোক) ফংলবকাওবদা শিব-পোকপগী হঙ্গন্‌থসিদগী নাম্বোকপা য়াদে: অতুমকপু ঐখোয়না পুন্সি মহৈ য়াম্নবা লম্বেল পাংদে। পুন্সি মহৈ য়ান্‌বগী লম্বীসিনা বিষয়া পাম্বা কোক্তুনা চিন্ময় ধামদা চত্নবগী মতীক চাগনি। মরমসিনা লস্ত্‌ম-দৈজদবা মীভাশিংনা লস্ত্‌ম লৈবা মীতাশিংদগী হেন্না কৈ। মহারাজ পরীক্ষিৎ ভগবদ্ভক্ত অচৌবা অমনি অদুগা ভগবদ্ধামদা চত্তবা য়াবা মীতানি, অদুবু পৃথিবীগী সম্রাট ওইবগী মরম্না মথুম্না চিন্ময় ধামদা ভগবান্‌গী পার্ষদ অমা ওইবগী ফংফম থোক্লবা মফমদু যংগদবদা অকায়বা অমা ওইখি। ব্রাহ্মণ মচা অদুনা তৌরম্বা শাপ অদু, অপঙবগী থবক ওইরবসু মঙোন্দদি (পরীক্ষিৎতদি) বর অমা ওইরম্মী, মরমদি মহুনা সংসার-বিষয়া হায়বদি নিংথৌ ওইবগী মরীদা অমদি সমাজগী মরীদা মহাকী বৈরাগ্য পোক্লবগী তান্‌জা ওইখি। শমীক মুনিসু থোকখিবদু মুংঙাইতবা কোংদোক্লবা মতুংদা পাও অদু নিংথৌদা পীখিন্দি মথৌ ওইনা তৌগদবনি খন্দুনা তন্নমক পাউ থাখি, মরমদি পাউদু ফংবদা নিংথৌনা ভগবান্‌গী নাক তান্না হন্নব শেমশাবা ওমগনি। অপঙবা মচানুপা শৃঙ্গিনা, তেজ-লৈবা ব্রাহ্মণা অমা ওইরবসু, লাইবকথীরদগী মরম চাদবমথৈ নিংথৌবু শাপ তৌদুনা মহাকী শক্তি শেরাম্না শীজিনখ্রে হায়দুনা শমীক মুনিনা নিংথৌদা পাও থারম্মী। নিংথৌনা মুনিদা লিল থোলহন্‌থিবদুনা নিংথৌ শিন্নবা শাপ তৌবগী মতীক-চাবা মরম নংল্লমদে, অদুবু শাপ অদুদি হন্দোকপা য়ারমক্রবনিনা চন্নোন অমা লৈরম্না শিন্নবা থোরাং তৌরো হায়দুনা নিংথৌদা মুনিনা থঙহন্‌থি। শমীক মুনিসু মহারাজ পরীক্ষিৎসু অনীমক আত্মা উপলব্ধি ফংলবা মী ওয়াক্তানি। শমীক মুনি যোগী অমনি অদুগা মহারাজ পরীক্ষিৎসু ভক্ত অমনি। অদুনা আত্মা-উপলব্ধিগী মতাঙদা মখোয় অনীমকী খেন্নবা লৈরমদে। মখোয়নিমক শিবা থেংনবদা কিরমদে। পরীক্ষিৎ মহারাজদু মুনিগী মফমদা লেঙলগা ভাকপীয় হায়না হায়জরমগদবনি, অদুবু থুনা শিবা অদে হায়নবা পাউ অদু মুনিনা থরাই বারগা লোয়ননা নিংথৌদা পীরক্লবনিনা: মুনি-নাক্তা শকউৎলুহগা মুনিদু অমুকসু টকাইবা পীক্লবদি ফত্তে হায়না নিংথৌনা খন্‌থি। অদুনা মহারাজ হৌজিক থুংলায়গদবা মতুম্‌গীদমক শেম-শাদুনা ভগবান্‌গী নাক্তা হন্নবা লম্বী থিরগে হায়মা বায়েপখি।

মীওইবগী পুন্সিসে ভগবান্‌গী নাক্তা হন্নবগীদমক শেম-শানবগী হায়বদি হঙ্গন্‌-হঙ্গন্ পোকপা-শিবা হায়রবা সংসারদগী অকন্‌-থুংনম ফংনবগী তাঙ্গা অমনি। অস্নুম্না বর্ণাশ্রমধর্মনা মুপা-মুপী থুদিংবু অয়াম্‌-থুঙনসিগীদমক শিক্ষা দীক্ষা পীরিবনি। অমরোমনা হায়রগা বর্ণাশ্রমধর্মবু সনাতন (অতম পূম্নমকী ওইবা) ধর্ম হায়নসু খঙ্‌নৈ। বর্ণাশ্রমধর্মনা মী অমবু ভগবান্‌গী নাক্তা চৎনবা শেম-শাহল্লী, অদুনা গৃহস্থ অমবু অম কপুত্র কানা ফংনবগীদমক বানপ্রস্থ হায়বদি মুম থাদুনা উমংদা চৎনবা তৌ হায় অদুদগী শিক্রিতৈগী মমাঙদা সন্ন্যাস ধর্ম তৌ হায়। পরীক্ষিৎ মহারাজদি লাইবক ফননা

শিবা তাখগী পাউ-শিগদবা মমীং তরেংনি' লৈরিঙেদা ফংখি। মী ময়াম্গীদি শিগদবনি হায়রবসি শোয়রবস্তু কদৌঙৈ শিনি হায়বগী পাও তাকপীদে। অপঙবা মীনা শিগদবনি হায়বা শোয়রবা থম্বকসিবু কাউথোকয়ি অহুনা মথোয়না ভগবান্গী নাক্ত। হয়রবা শেম-শাবা হায়বা মথৌহ্ বাওইনা তৌদে। চার-থক্ল মুংঙাইথোক্তুনা লেন্বগী শামমচত্তা মপুন্সিশিংহ্ মাঙহল্লী। ব্রহ্মণ্য ধর্মবু, কৃষ্ণ-ভাবনাবু অমসুং শম-ভাকশেন্বমু য়ানীংদবদগী পাপ তৌমীংবনা কলিযুগগী মী য়াম্না দরিদ্র-থঙবা পুন্সি মথল অমা লেল্লী। মসিগীদমক রাষ্ট্রনা দায়রীনি। সরকারনা লৈবাক্তী কাজৎ-শেল অহু মথক্তী মরম অহমসিগীদমক শীজরগদবনি অমসুং প্রজাশিংগী করম্না শিবা তাবগে হায়বম্ব তাকপীগদবনি। মহুম্না তৌবা রাষ্ট্রদি প্রজাগী য়াইফনবা লৈবা রাষ্ট্র হায়বহুনি। ভারতরাষ্ট্রনা ভগবদ্ধামবু মীওইবা পুন্সিগী চরম উদ্দেশ্যনি খন্দব মায়া-লাংদা-থুরবা রাষ্ট্রশিংগী মওৌ তমগদবগী শক্লকপুদি ফিদরঙাই ওইবঃ রাষ্ট্রপতি মহারাজ পরীক্ষিৎকী খুদুং ইন্বা চুম্মী। ভারত-সভ্যতাগী আদর্শশিংগী চাং তাথরকপনা ভারতকীদা নত্তনা লম অতৈগীম্ভু নাগরিক জীবন লেনবদা চাং তাথরকপগী মরম ওই।

শ্লোক ৫

অথো বিহায়েমমমুং চ লোকং বিমর্শিতৌ হেয়রতয়া পুরস্তাৎ।
কৃষ্ণাঙ্ঘ্রিসেবামধিমন্যমান উপাবিশৎ প্রায়মমর্ত্যনদ্যাম্ ॥ ৫ ॥

শব্দার্থ

অথো—মতৌ অসুম্না; বিহায়—থাদোক্তুনা; ইমম্—মসি (মর্ত্যলোক); অমুম্—হেক থংনবা (স্বর্গ); চ—অমসুং; লোকম্—জগৎ মরোল; বিমর্শিতৌ—খল্লরবা; হেয়রতয়া—হঙ্বা মরম্না; পুরস্তাৎ—মমাঙদা; কৃষ্ণ-অঙ্ঘ্রিম্—শ্রীকৃষ্ণগী খোঙ-থম্বাল; সেবাম্—মুংশিনা তৌবা সেবা; অধিমন্যমানঃ—পুরুষার্থ পূর্ণমক্তগী হেল্লি খন্দুনা; উপাবিশৎ—ফমুখি; প্রায়ম্—চনাহেন্বগী; অমর্ত্য-নদ্যাম্—বর্গগী তুরেল (গঙ্গা) তোর্বান্দা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মর্ত্যলোক অমসুং স্বর্গলোক অনীসি হঙ্বা লোক ওাক্সি হায়না হায়না খল্লরগী। অহুনা ইহলোক অমসুং পরলোক অনীদা ফংগদবা মুংঙাইবহ্ থাদোক্তুনা শ্রীকৃষ্ণগী খুয়া-থবাল সেবা তৌবনা পুরুষার্থ মকোক্সি হায়না লেপ্পত্তুনা শ্রীকৃষ্ণ চরণ ফংনবগীদমক গঙ্গা (যমুনা) তোর্বান্দা চেংনা ফমখী।

নৈনরোল

মহারাজ পরীক্ষিৎকুম্বা ভক্তগী মফমদদি প্রাকৃত জগৎতা লৈবা লোক অমতনা করি হায়রনি ব্রহ্মলোক কাওবা আদি সর্ব্বকারণকারণ (ইহান্হান্বা অমদি থোয়রককম পূৰ্বগী থোয়রককম ওইবা) শ্রীকৃষ্ণ ভগবান্গী ধাম গোলোক বৃন্দাবনগুম পায়রঙাই ওইদে। মর্ত্যলোকসি ব্রহ্মাণ্ডগী মনুঙদা লৈবা প্রাকৃত লোক মরক্তা অমনি; অহুগা মহত্তত্ত্বগী মনুঙদা ব্রহ্মাণ্ড শীঙমাইদবমথৈ লৈ। ব্রহ্মাণ্ড ময়ামসিগী মনুঙদা লৈরিবা লোক অমতসু কৃষ্ণ ভক্তনা লৈবদা মতীক চাদে হায়বসি ভগবান্না অমসুং মহাক্তী প্রতিনিধি আচার্য্যশিংনা ভক্তশিংদা হায়। ভগবান্গী দাস (মনাই), সখা (মরূপ মপীজা), পিতা-মাতা (মপা মমা) অহুগা কান্তা (মুংশিনবী তালোই) ওইনা ভগবান্গী পরিকর মরক্তা অমা ওইনমবা বৈকুণ্ঠগী লোক অমদা নত্রগা গোলোক বৃন্দাবনদা ভগবান্গী নাক্ হায়রবদি

মরান্নাইদা হন্দুনা চৎপহ্ন ভক্তনা মতম লৈবা থিবিক্তা পামজৈ। লোক পুম্নমকসি পরব্যোমদা (প্রাকৃত-নত্তবা আকাশদা) নিত্য ওইনা লৈরিবনি; পরব্যোম অসিনা মহত্তত্ত্বগী মনুঙদা কারণ-সমুদ্রগী নাকল অময়োমদা লৈ। মহারাজ পরীক্ষিৎতু হান্নদা বারম পুম্বসি থঙলম্মী, মরমদি মাগী তুংথল্লম্বা পুন্য অমসুং ভক্ত বৈষ্ণবশিংগী ইমুঙদা মানা পোকলম্বা অদুনা। মরমসিনা প্রাকৃত লোক অমত্তা মহাক পামমদে। হৌজিকালগী বৈজ্ঞানিকশিংনা প্রাকৃত উপায়না চন্দ্রলোক (থা) অসি য়োনবা হোৎনৈ, অদুগা ব্রহ্মাণ্ডসিগী বাংলেন-বাংবা লোক অমা লৈবদুগী বাদি মথোর থক্তে। অদুবু মহারাজ পরীক্ষিৎকুম্বা ভক্তনদি চন্দ্রলোক হায়বসিগাবু থৌশারুবা লৈতে। মরমসিনা অক-রুবা মুমীৎ অমদা মহাক নোঙাবা শোয়দ্রে হায়বদু থঙলদুনা হস্তিনাপুর মনাক্তা চেল্লিবা স্বর্গগী তুরেল যমুনা তোর্বান্দা চরা গেল্লগা ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী চরণসেবা ফংনবা হোৎনংগীদমক পুক্নীং চপ মুংনা ফমখি। গঙ্গা অমসুং যমুনা তুরেন অনীমক অমর্ত্তা (মত্যুগী নত্তবা) তুরেল ওক্নি, অদুগা যমুনানা মথাদা পীরকদৌরিবা মরম ময়ামসিগীদমক অমুক হেন্না শেংবা হেন্নী।

### শ্লোক ৬

**যা বৈ লসচ্ছ্রীতুলসীবিমিশ্র কৃষ্ণাঙ্‌ঘ্রিরেণ্বভ্যধিকাম্বুনেত্রী।**
**পুনাতি লোকানুভয়ত্র সেশান্ কস্তাং ন সেবেত মরিষ্যমাণঃ ॥ ৬ ॥**

#### শব্দার্থ

যা—তুরেন্দু; বৈ—মতম পুম্বদা; লসৎ—চেম্বরি; শ্রীতুলসী—তুলসী পত্র; বিমিশ্র—তিন্নরবা; কৃষ্ণ-অঙ্‌ঘ্রি—ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী খোঙ; রেণু—উফুল; অভ্যধিক—পুঙহেন্-হেন্‌বা; অম্বু—ঈশীং; নেত্রী—পুরিবা; পুনাতি—শেংদোকয়ি; লোকান্—লোকশিংবু; উভয়ত্র—থক-খাগী নংত্রগা মমুঙ-মপান্গী; স-ঈশান্—মহাদেব শিবগা লোয়ননা; কঃ—কনানা; তাম্—তুরেন্ মাবু; ন—নত্তে; সেবেত—সেবা তৌয়ি; মরিষ্যমাণঃ—শিগদৌবা।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

তুরেন্দুনা (নিংথৌনা তোর্বান্দা ফমম্বা গঙ্গানা) ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী খুয়া-উফুলগা অমসুং তুলসী পত্রগা লোয়ননা ইচেম্বরি। মরমদুনা মাগী লাইজনা নুং-পান অনীদা লৈবা মরোল অদুমু শেংদোকয়ি অদুগা শিব মহাদেব অমসুং অতৈ দেবতাশিং ফাওববু শেংদোকয়ি। মরমসিনা শোয়দনা শিগদৌরবা মী কনানা তুরেনসিগী সেবা তৌরোইদৌবগে?

#### নৈনরোল

মুমীৎ তরেৎনি লৈরগা শিবা তারে হায়বা পাউদু ফংলবা মতুঙদা মহারাজ পরীক্ষিৎ খুদক্তা পরিবার থাদোক্লুনা যমুনা তুরেনগী তোর্বান্দা বাস তৌবগীদমক মুম্হোংখ্রে। মরাক্তা হায়নবনা নিংথৌদু গঙ্গা তোর্বান্দা লৈখি হায় অদুগা শ্রীজীব গোস্বামীনা হায়বা মতুং ইন্না নিংথৌদু যমুনা তোর্বান্দা লৈখি। ভৌগলিক বিচার য়েংলগদি শ্রীজীব গোস্বামীগী দিল্লীগী নাক্তা লৈরম্বা হস্তি-নাপুর কৌবা মাগী রাজধানীদা লৈরম্বনি। অদুগা যমুনা তুরেন্না নগর সিগী নাক্তা চেন্‌বনি। মহারাজ পরীক্ষিৎনা যমুনা তুরেনগী আশ্রয় লৌরম্মী হায়বসি মশানা তাবা বানি, মরমদি তুরেন্জি মহাকী মচগার—থোঙনাক্তা চেন্নম্বগুম্বনি। পবিত্র ওইবগী বা হায়রগদু শ্রীকৃষ্ণগা হেক হক্কুথেংননা লৈনবদি

গঙ্গাদগী যমুনাদা হেল্লী। ভগবানা মর্ত্যলোকসিদা মাগী দিব্যলীলা শান্নবা হেক হৌবদগী যমুনাবু শেংদোক্লবনি। মপাবুং বসুদেবনা অঙাঙ ওইবা ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগা লোয়ননা যমুনা তুরেল লান্দুনা মথুরাদগী তুরেন-বাংমদা লৈবা গোকুলদা থৈরকনবা চংপদা ভগবান্ নাম্বোক্নুনা তুরেন মনুঙদা তাখি; মাগী খুয়াউজুল কংবদগী যমুনা থংশেং শেংখি। নৈনরিবা শ্লোকসিদা হায়রি মহুদি—মহারাজ পরীক্ষিৎ অহু তুলসী পত্রগা তিন্নরবা শ্রীকৃষ্ণগী খুয়া-উজুল পুরহুনা চেহ্নরিবা হায়রিবা তুরেল্লিগী আশ্রয় লৌখি। ভগবান্গী চরণ অনীদি মতম পুম্বদা তুলসী পত্রগা লোয়নৈ, অহুনা মহাক্কী চরণ অহুগা গঙ্গাগী অমসুং যমুনাগী লাইজগা শন্নবদা তুরেন অনীমক খুদক্তা পবিত্র ওই। অহুম ওইনমক, ভগবান্গা শন্নরদি গঙ্গাদগী যমুনামা হেল্লী, অহুবু গঙ্গাগী ঈশীঙহু চামরক শেংদোক্লবা মতুংদদি মহুবু যমুনা কৌরি। মতৌ অহুগুম্না শাস্ত্রদা হায়রি, মহুদি—বিষ্ণুগী মিং লীশীঙ অমগা রামগী নাম অমগা মান্নৈ অমসুং রামগী মিং অহুমগা কৃষ্ণগী মিং অমগা মান্নৈ।

### শ্লোক ৭

ইতি ব্যবচ্ছিদ্য স পাণ্ডবেয়ঃ
প্রায়োপবেশং প্রতি বিষ্ণুপদ্যাম্।
দধৌ মুকুন্দাঙ্ঘ্রিমনন্যভাবো
মুনিব্রতো মুক্তসমস্তসঙ্গঃ॥ ৭॥

### শব্দার্থ

ইতি—অসুম্না; ব্যবচ্ছিদ্য—ৱারেপ্পুনা; সঃ—মহাক (নিংথৌ); পাণ্ডবেয়ঃ—পাণ্ডবশিংগী মশু; প্রায়-উপবেশম্—শিবফাওবা চাদনবগী, প্রতি—মায়কৈরোমদা; বিষ্ণুপদ্যাম্—বিষ্ণুপদদগী থোরকপী গঙ্গা তোর্বান্দা; দধৌ—মশাবু কংথোকখি; মুকুন্দ অঙ্ঘ্রিম্—শ্রীকৃষ্ণগী খুয়াদ; অনন্যভাবঃ—পুক্নীং লোঙদবা; মুনিব্রতঃ—মুনিনা লৌবা ব্রতহু লৌরবা; মুক্ত—লাম্বোক্লবা; সমস্ত—পুম্নমক; সঙ্গঃ—লোয়নবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

পাণ্ডবশিংগী মশুবুংঙো নিংথৌহুনা পুক্নীং চপ য়ুংথরে অহুগা শিত্রিফাওবা চাররোই হায়হুনা অমসুং ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী চরণথাদা মশাবু কংলগে হায়হুনা গঙ্গা-তোর্বান্দা ফমখি। ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণতনা অরান্-খুভম পীবা ওম্নী। মরমহুনা সঙ্গ পুম্নমক তোক্লগা মুনি অমগী মতৌগুম্না ব্রত লৌখি।

### নৈনরোল

গঙ্গাজল-না মরোল অহুম (ত্রিভুবন) শেংদোকয়ি, কন্নি হায়নি দেবদেবী য়াওনা শেংদোকয়ি, মরমদি বিষ্ণু ভগবান্গী খুয়াথম্বান্দগী গঙ্গা থোরকপনি। ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনা বিষ্ণুতত্ত্ব লোইননবা থোরককয়ি; মরমসিনা মাগী খুয়া খাদা চঙজরবদি নিংথৌনা ব্রাহ্মণ অমদা তৌক্লবা দোষ য়াওনা পাপ পুম্নমক কোকখি। মরমহুনা মহারাজ পরীক্ষিৎ মুক্তিমথল-পুম্বা-পীবা মুকুন্দ শ্রীকৃষ্ণগী মথোঙ থম্বাল অহুবু ধ্যান তৌহুনা লেল্লগে হায়না লেপখি। গঙ্গা নত্রগা যমুনাগী তোর্বান্দি ভগবানবু অতং-অথম লৈতনা নীঙশীঙনবা তাঙ্গা পীনবী। মহারাজ পরীক্ষিৎ মায়াগী সঙ্গ পুম্নমকগী নাম্বোক্লগা ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী খেঙেশ্বম্বাল ধ্যান তৌখি, মহুতনা লারবগী লম্বীনি। মায়াগী সঙ্গদগী নাম্বোকপা হায়বদি পাপ মখামুক্ত তৌথরবা হায়বনি। ভগবান্গী চরণধ্যান তৌবনা হৌখিবা মতমগী পাপ পুম্নমকী ফল কোকহন্নী। মায়িক জগৎকী কীতমসে করম্না শেম্বগে হায়ববু কীতমসিগী মখাদা লৈবা মীবা তৌনীঙনা

ওইরবসু নত্রগা তৌথীত্রবগী পাপ হেক্তা মতৌগি। মদুগী থূদনদি থাইনা য়ানরবা পাপ-চেন্দবা ধর্ম্মচেন্বা নিংথৌ পরীক্ষিৎনি। অদুবু মহাকসু অয়োল-অয়ান্ তৌনীংগ্রবকাওবদা অপনায় অমদি তৌখি। মহাকপু শাপ তৌখি, অদুবু মহাক্না ভগবান্গী ভক্ত অচোবা অমা ওইবা মরম্না পুন্সিগী থুদোংচারোইদৌবা ওয়ডেমবা থৌদোক পূম্বা মাগী কমনবগী ওইখি। মা হায়বসু মসিনি, মদুদি—কনাগুম্বা অমতনা মাগী পুন্সিদা পাপ তৌনীং-তৌনীংনা তৌকদে অদুগা অভং-অমম লৈতনমথৈ পূম্নীং লোন্তবা মওংদা ভগবান্গী খোঙ-থম্বান্বু নীঙশীঙদুনা লৈগদবনি। অসিগুম্বা পূকচেল চেন্নবদদা ভগবান্না মাগী ভক্তবু মুক্তিগী লম্বী পাংবদা অমসুং ভগবান্গী চরণকমল ফংবদা তেংবাঙগনি। করিগুম্বা তার অমদগী ভক্তদুনা পাপ তৌরবসু মতোন্দা চঙজরবা আত্মাবু ভগবান্না কন্বিগনি হায়না শাস্ত্রশিংদা হায়রি।

স্বপাদমূলং ভজতঃ প্রিয়স্য ত্যক্তান্য অভাবস্য হরিঃ পরেশঃ।
বিকর্ম্ম যচ্চোপতিতং কথঞ্চিদ্ ধুনোতি সর্ব্বং হৃদি সন্নিবিষ্টঃ॥
(ভাগবত ১১।৫।৪২)

শ্লোক ৮

তত্রোপজগ্মুর্ভুবনং পুনানা
মহানুভাবা মুনয়ঃ সশিষ্যাঃ।
প্রায়েণ তীর্থাভিগমাপদেশৈঃ
স্বয়ং হি তীর্থানি পুনন্তি সন্তঃ॥ ৮॥

শব্দার্থ

তত্র—মফমদুদা; উপজগ্মুঃ—থুংলরে; ভুবনম্—জগৎপু; পুনানা—শেংদোক-ঙম্বা মথোয়না; মহানুভাবাঃ—পূকচেল-চাওবা; মুনয়ঃ—মুনিশিং; সশিষ্যাঃ—শিষ্যশিংগা লোয়নননা; প্রায়েণ—রোম্, হাইকেৎনা; তীর্থ—তীর্থ, লাইফম; অভিগম—চৎপা; অপদেশৈঃ—মরমগীনি হায়দুনা; স্বয়ম্—মশামক্না; হি—লেপ্পমক; তীর্থানি—তীর্থশিংবু; পুনন্তি—শেংদোকয়ি; সন্তঃ—সাধুনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতমদুদা জগৎ শেংদোকঙম্বা পূকচেন্-চাউবা মুনিশিংনা মরম্নাই শিষ্যশিংগা লোয়নননা মফমদুদা থুংলরে। মশা মশানা তীর্থ অমমম্নি, অদুবু মথোয়মা তীর্থ চৎলিবনি হায়শনদুনা তীর্থশিংবু শেংদোকয়ি।

নৈনরোল

মহারাজ পরীক্ষিৎনা গঙ্গা-তোর্ব্বান্দা ফয়ম্বা মতমদা পাউ অদু জগৎপূম্বা শদোক্লম্মী; থৌদোক অদুগী মওংগ খঙবা পূকচেল-চাউবা মুনিশিং পূম্নমক তীর্থযাত্রানি হায়শনদুনা মফমদুদা থুংখি। তশেংবদি মথোয়সু মহারাজ পরীক্ষিৎ উনীঙদুনা লাকপনি, তীর্থস্নানগীদমক লাক্লবা নত্তে, মরমদি মথোয় লোইনমক তীর্থসু শেংদোকঙদবা তাক্তনি। মীচম্না তীর্থ চৎপদি মপাপ চামথোকপা চৎপনি। মতৌ অদুনা তীর্থশিংসু অতোপ্পগী পাপকী তার হেল্লম্মী। অদুবু পাপ-শেংদোকঙবা সাধুশিংনা পাপকী তার পূত্থরবা তীর্থশিংদা চৎলগা মথোয়গী খোঙদাবদনা তীর্থশিংবু পবিত্র অমুক ওইহল্লী। মরমদুনা মহারাজ পরীক্ষিৎপু উনগে লাক্লবা সাধুশিংনা মশা মশাবু মীচমশিংগুম শেংদোকপগী হাত্না তৌরমদে; অদুবু মফমদুদা স্নান তৌগদৌরিবনি হায়জগা মথোয়না মহারাজ পরীক্ষিৎ উনবা লাকখিবনি, মরমদি মফমদুদা অকদেক গোস্বামীনা শ্রীমদ্ভাগবতম্ বর্ণন তৌগনি হায়বসু মথোয় হায়না উবা ঙমখি। অদুনা সুযোগ লৌনা-মথোয়না পাখিবনি।

শ্লোক ৯-১০

অত্রির্বশিষ্ঠশ্চ্যবনঃ শরদ্বানরিষ্টনেমির্ভৃগুরঙ্গিরাশ্চ।
পরাশরো গাধিসুতোঽথ রাম উতথ্য ইন্দ্রপ্রমদেধ্মবাহো॥ ৯॥
মেধাতিথির্দেবল আর্ষ্টিষেণো ভারদ্বাজো গৌতমঃ পিপ্পলাদঃ।
মৈত্রেয় ঔর্বঃ কবষঃ কুম্ভযোনির্দ্বৈপায়নো ভগবান্নারদশ্চ॥ ১০॥

অত্রিদগী নারদ কাওবা—ব্রহ্মাণ্ডগী মকম মকমদগী মহারাজ পরীক্ষিৎকী নাক্তা য়ৌরক্লবা মুনি-শিংগী মিং ভাক্তনি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ব্রহ্মাণ্ডগী মকম মকমদগী অত্রি, বশিষ্ঠ, চ্যবন, শরদ্বান্, অরিষ্টনেমি, ভৃগু, অঙ্গিরা, পরাশর, গাধিনা পোকপা বিশ্বামিত্র, পরশুরাম, উতথ্য, ইন্দ্র, প্রমদ, সুবাহু, মেধাতিথি, দেবল, আর্ষ্টিষেণ, ভরদ্বাজ, গৌতম, পিপ্পলাদ, মৈত্রেয়, ঔর্বঃ; কবষ, কুম্ভযোনি, অগস্ত্য, দ্বৈপায়ন ( বেদব্যাস ), ভগবান্ নারদনচিংবা মকমতুদা য়ৌরকখি।

নৈনরোল

চ্যবন—অচৌবা মুনি অমনি। গর্ভ-পুবী মমাবু হুরান্দুনা পুবা মতমদা থা শুত্রিডৈনা পোক-খিবনি। মপানা পোকপা মচা তক্কী মমুঙদা মহাক অমনি।

ভৃগু—ব্রহ্মানা বরুণগীদমক মহাযজ্ঞ অমা তৌবা মতমদা যজ্ঞগী মৈমুঙদগী মহর্ষি ভৃগু পোকপনি। মহাক মহা ঋষি অমনি, পুলোমা মাগী মুংশিজবী তালোইনি। মহাক দুর্বাসা, নারদখোয়দৌনা নোংদোন-অতিয়াদা চৎপা ঙম্মী অদুগা ব্রহ্মাণ্ডগী গ্রহলোক পুম্নমক্তা কোয়চৎ চৎলম্মী। কুরুক্ষেত্র-লান তৌত্রিডৈদা লান্দু থোক্তনবা মহাক্না হোৎনখি। মতম অমদা ভরদ্বাজ মুনিদা মহাক্না গণিত জ্যোতিষ তম্বিখি অদুগা মহাক্না ভৃগু সংহিতা কৌবা কলিতজ্যোতিষ গণনাগী লাইরীক অমা লেংলম্মী। ব্যোম-দগী (*ether*-দগী) করম্না মৈ, ঈশীং, মুংশীৎ অমসুং লৈবাক করম্না থোকখি হায়বগী মহাক্না শব্দোক্না ব্যাখ্যা তৌখি। মুংশীৎনা করম্না চাকখাওদা থবক তৌই অদুগা থীবোং-থীরিনবু করম্না মওংদা থম্মী হায়বগী মহাক্না ব্যাখ্যা তৌরম্মী। দার্শনিক অমা ওইনা জীবাত্মাদি নিত্যনি হায়বগী মরমচানা মহাক্না লেপ্লম্মী। মহাক অচৌবা নৃতত্ত্ববিৎ (মীহৌরোন্-খঙবা) অমা ওইরম্মী, মহাক্না অভিব্যক্তিবাদ ( অসুম অসুম ওইথৎলকপগী বা—*theory of evolution* ) হায়বগী পুথোক্লম্মী। মহাক্না বর্ণাশ্রমধর্ম্মবু ব্যাখ্যা তৌরম্মী। মহাক্না বীতহব্য কৌবা ক্ষত্রিয় নিংথৌবু ব্রাহ্মণ ওইহনখি।

বশিষ্ঠ—শ্রীমদ্ভাগবতমগী ১।৯।৬ য়েংঙু।

পরাশর—মহাক বশিষ্ঠমুনিগী মশুচুপানি অদুগা ব্যাসমুনিগী পম্বৌনি। মহাক মহর্ষি শক্তিগী মচানুপানি অদুগা মমাগী মিংনা অদৃশ্যন্তী কৌই। মমাগী চহী ভরানীথোইদা ভায়রিডৈদা মহাকপু গর্ভদা পুরম্মী। মমাগী গর্ভদা লৈরিডৈদা মহাক বেদ তমখি। মাগী পম্বৌবু কল্মাষপাদ কৌবা হিংচাবা অমনা হাৎখি, মতুগী লমন্ খুমগে হায়দুনা মহাক্না জগৎ পুম্বা প্রলয় তৌগে তৌরম্মী। অদুবু মবুথৌ বশিষ্ঠনা মহাকপু থামখি। মতুদগী মহাক্না হিংচাবা হাৎনবা যজ্ঞ অমা তৌখি, অদুবু মহর্ষি-পুলস্ত্যনা মাবু থামখি। সত্যবতীবু পাম্বদগী মহাক্না ব্যাসদেববু পোকখি। সত্য-

বতীসি মতুংদা মহারাজ শান্তনুগী ভার্য্যা ওইখি। পরাশরনা বর পীবদগী সত্যবতী মনমস্তুংশিবী ওইহনা য়াম্না লাপ্পা মনম শন্নমী। মহাক ভীষ্মনা নোঙ্গারম্বা মতমদা ময়াম লাক্লবদা য়াওরমী। মহাক মহারাজ জনকগী দীক্ষাগুরুনি, অদুগা শিবভক্তা অচৌবা অমনি। মহাক বেদশাস্ত্র কয়া লেংখি।

গাধিসুত নত্রগা বিশ্বামিত্র—তপস্বী যোগী অচৌবা অমনি। মহাক গাধিসুত হায়না খঙনৈ মরমদি মাগী পম্বৌ অদু গাধি কৌই অদুগা কন্যকুব্জগী (উত্তর প্রদেশগী শহর) শক্তি-লৈবা নিংথৌনি। পোকপদি ক্ষত্রিয় ওইনা পোক্লগা তপ য়াম্না কল্লা তৌবগী কংবা শক্তিনা মপোক্কুদা অদুম ব্রাহ্মণ অমা ওইখি। মহাক্না ক্ষত্রিয় নিংথৌ ওইরিঙৈদা বশিষ্ঠ মুনিগা খংনখি, অদুগা মগাজ মুনিগা লোয়ননা অচৌবা যজ্ঞ অমা তৌখি অদুগা বশিষ্ঠগী মচানুপাশিংবু জয় তৌবা ঙমখি। মহাক মহাযোগী অমা ওইখি, অদুম ওইনমক মহাক ইন্দ্রিয় খুদুম চন্বা ঙমখিদে, অদুনা মহাক পৃথিবীগী শকহেন্বী শকুন্তলাগী মপাবুং ওইখি। মতম অমদা মহাক ক্ষত্রিয় নিংথৌ অমা ওইরিঙৈদা বশিষ্ঠমুনিগী আশ্রমদা লেংলুই অদুগা মহাকপু নিংথৌ অমা ওকপদোনা ওকখি। বিশ্বামিত্রনা বশিষ্ঠদগী নন্দিনি কৌবী শন্বী অমা পীয়ু হায়খি, অদুবু মুনিহুনা য়ারমদে। বিশ্বা-মিত্রনা শন্বীদু হুরান্খি, অদুনা মরম ওইহনা নিংথৌগা মুনিগা অনী খংনখি। বিশ্বামিত্রবু বশিষ্ঠগী আধ্যা-ত্মিক শক্তিনা মায়থীবা পীখি, মদুদা বিশ্বামিত্র ব্রাহ্মণ ওইরগে হায়না লেপখি। ব্রাহ্মণ ওইত্রি-ঙৈগী মনাঙদা কৌশিক তুরেনগী তোর্বান্দা অকন্বা তপ তৌখি। কুরুক্ষেত্র-লান্ তৌদনবা খাস্বা মীশিংগী ময়ক্তা মাসু অমনি।

অঙ্গিরা—ব্রহ্মাগী মানস পুত্র তরুকী মনুংদা মহাক অমনি অদুগা মহাক বৃহস্পতিগী মপাবুংনি; বৃহস্পতি স্বর্গদা দেবতাশিংগী লাইরীক হৈবা পুরোহিতনি। মৈতাল কাপশিন্বা ব্রহ্মাগী বীর্য্যদগী (ক্ষবীদগী) অঙ্গিরা পোকখিবনি। উতথ্য অমসুং সংবর্ত্ত মাগী মচানুপানি। হৌভিকফাওবা মহাক গঙ্গা তোর্বান্দা অলকানন্দ কৌবা মফমদা তপ তৌরি অদুগা ভগবান্গী নাম শোল্লি হায়নৈ।

পরশুরাম—শ্রীমদ্ভাগবতম্ ১।৯।৬ য়েংউ।

উতথ্য—মহর্ষি অঙ্গিরাগী মচানুপা অহমগী ময়ক্তা অমনি। মহাক মহারাজ মন্ধাতাগী দীক্ষাগুরুনি। সোমগী (চন্দ্র-থাগী) মচানুপী ভদ্রাবু মহাক্না লুহোংখী। বরুণদেবনা মাগী তালোই ভদ্রাবু হুরান্খি; মদুদা ঈশিংগী লাই বরুণগী মথক্তা লমন থুম্বা হায়দুনা মহাক্না জগত্তা লৈবা ঈশীংমথে থকখি।

মেধাতিথি—মথায় থায়নগী অহন-ওইরবা মুনিনি। স্বর্গগী নিংথৌ ইন্দ্রগী রাজসভাগী সভা অমনি। মচানুপাদি শকুন্তলাবু উমংদা য়োকখিবা কণ্বমুনি অদুনি। বানপ্রস্থ ধর্ম্ম কল্লা চপ চানা চংদুনা মহাক স্বর্গদা কাখি।

দেবল—নারদ মুনি অমদি ব্যাসদেবগুম্বা শাস্ত্রগুরু মহাজন অমনি। অর্জুন্না শ্রীকৃষ্ণবু পরমেশ্বর ভগবাননি হায়না য়াখংলকপা মতাংদা দেবলগী শুভনাম অদু ভগবদগীতাদা পাল্লিবা মহাজনশিংগী মনুংদা য়াওই। মহাক কুরুক্ষেত্র-লাল মতুংদা মহারাজ যুধিষ্ঠিরগা উনখি। মহাক পাণ্ডবশিংগী পুরোহিত ধৌম্যগী মরাম্বনি। ক্ষত্রিয়শিংগী মতৌগুম্না মহাক্না মচানুপী স্বয়ংবর সভা অমা কৌরগা মপুরোইবা খলহন্খি। স্বয়ংবর সভাদুদা ঋষিশিংগী মচানুপাশিংগী বার্ত্তোন তৌখি। মী খরগী মত মতুং ইন্না, মহাক অসিত দেবল হায়বদু নত্তে।

ভরদ্বাজ—শ্রীমদ্ভাগবতম্ ১।৯।৬ তা য়েংঙু।

গৌতম্—ব্রহ্মাণ্ডগী অচৌবা ঋষি ভরেৎকী ময়ুমদা অমনি। শরদ্বান্ গৌতম মহাকী মচানুপা অমনি। গৌতম-গোত্রদা (শাগে) পোকপা মী মখৈ মাগী পরিবারদা পোকপা নত্রগা শিষ্য পরেংদা য়াওবনি। গৌতম গোত্রনি হায়বা ব্রাহ্মণশিংদি মাগী মাগী মচামশুনি অদুগা গৌতমগোত্রনি হায়বা ক্ষত্রিয় বৈশ্যশিংনা মহাকী শিষ্য পরম্পরানি। স্বর্গগী নিংথৌ ইন্দ্রনা নৈহৎপীবদগী মুশুওলখিবী অহল্যাগী মপুয়োইবনি মহাক। অহল্যাবু ভগবান্ রামচন্দ্রনা উদ্ধার তৌবিখি। গৌতম কুরুক্ষেত্র লালগী বীর ময়ামগী মরক্তা য়াওবা কৃপাচার্য্যগী মবুধৌনি।

মৈত্রেয়—থায়নগী ঋষি অচৌবা অমনি। মহাক বিদুরগী গুরুনি অদুগা ধর্ম্ম-শাস্ত্র খঙবা মহাজন অমনি। মহাক্না ধৃতরাষ্ট্রদা পাণ্ডবশিংগা চায়না লৈমিন্নৌ হায়না পাউতাক পীখি। দুর্য্যোধন মহারাজনা য়াশিদে, মরমদুনা মাবু মৈত্রেয়না শাপ তৌখি। মহাক ব্যাসদেবগা উনয়গা ধর্ম্ম-তত্ত্বগী ৱা নৈনখি।

## শ্লোক ১১

**অন্যে চ দেবর্ষিব্রহ্মর্ষিবর্য্যা রাজর্ষিবর্য্যা অরুণাদয়শ্চ।**
**নানার্ষেয়প্রবরান্ সমেতানভ্যর্চ্য রাজা শিরসা ববন্দে ॥ ১১ ॥**

### শব্দার্থ

অন্যে—অতৈ; চ—সু; দেবর্ষি—লাইমরক্তা য়াওবা ঋষি; ব্রহ্মর্ষি—ব্রাহ্মণ-লক্তা য়াওবা ঋষি; বর্য্যাঃ—খ্বাইদগী থোইবা; রাজর্ষিবর্য্যাঃ—নিংথৌলক্তা য়াওবা ঋষি অথোইবশিং; অরুণ-আদয়ঃ—(অরুণ-নচিংবা) রাজর্ষিশিংগী থোইদোকপা লেং; চ—অমসুং; নানা—অতৈ ময়াম; আর্ষেয়-প্রবরান্—ঋষিশিংগী শাগেলক্তা মকোক; সমেতান্—তিল্লরিবশিংবু; অভ্যর্চ্য—তরাম তরাম ওকুনা; রাজা—নিংথৌনা; শিরসা—কোক লুকথরগা; ববন্দে—খুরুমখি।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অতোপ-অতোপ্পা দেবর্ষি, ব্রহ্মর্ষি রাজর্ষি অমদি অরুণ-নচিংবা কাণ্ডর্ষিশিংসু মকমদুদা লাক-খিরম্মী। ঋষি মকোকশিংদুনা তিল্লরবদা নিংথৌনা (পরীক্ষিৎনা) মথোয়বু তরাম তরাম ওক্লগা কোক লুকথনা খুরুমখি।

### নৈনরোল

ইথক-থোংবশিংদা লৈতানা সু লুকথরগা সম্মান তৌবগী নিয়মসি ব্যবহার রুজবগী থমথেংবা মওংনি; মত্তো অসুন সম্মান উৎপনা ঈকাই খুম্নরিবা অতিথিবু থম্মোই য়াওনা মুংঙাইহল্লী। অপরাধী মকোক কাওববু অসিগুম্বা সম্মান তৌবগী মথাল্লা অতিথিশিংনা শ্রাকপী। মহারাজ পরীক্ষিৎতু ঋষিশিংনা অমসুং নিংথৌশিংনা সম্মান তৌরম্বা মী ওইরবসু মহাকী অপরাধ ময়াম কোকপীনবা হায়দুনা নোল্লক্লা অতিথি ওইনা লাক্লম্বা অচৌবা মীশিংদুবু তরাম তরাম ওক্লম্মী। অয়াম্বনা পুন্সি লোইরমদাইদা জ্ঞান-তাবা মীশিংনা শিত্রিজৈজো মরাল কোকপীরকবা হায়দুনা নোল্লকপগী থবক্তি তৌরি। অসুম্না মহারাজ পরীক্ষিৎসু ভগবান্‌গী খুয়াপ্নাক ময়ুমদা হন্‌বা গুমনবা লাই খুরুম্বিউ হায়না মী খুদিংদা হায়জখি।

শ্লোক ১২

**সুখোপবিষ্টেষ্বথ তেষু ভূয়ঃ কৃতপ্রণামঃ স্বচিকীর্ষিতং যৎ।**
**বিজ্ঞাপয়ামাস বিবিক্তচেতা উপস্থিতোহগ্রেহভিগৃহীতপাণিঃ ॥১২॥**

শব্দার্থ

সুখ—নুংঙাইনা; উপবিষ্টেষু—ফোইনমক ফমবদা; অথ—মতুংগী তুংদা; তেষু—মখোয়দা (অতিথিশিংদা); ভূয়ঃ—অমুক হন্না; কৃতপ্রণামঃ—খুরুমগা; স্ব—মশাগী; চিকীর্ষিতম্—চরা হেন্নাঙবগী য়া; যৎ—মদু; বিজ্ঞাপয়ামাস—খঙহল্লম্মী; বিবিক্তচেতাঃ—সংসারগী অপাম্বা লৈত্রবা মহাক্না; উপস্থিতঃ—চঙশিল্লগা; অগ্রে—মখোয়গী মাঙদা; অভিগৃহীত-পাণিঃ—খুৎলোয়না।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ঋষিনচিংবা অতিথি পুম্নমক্না নুংঙাইনা ফম্নবা মতুংদা নিংথৌনা খুৎলোয়না মখোয়গী মাঙদা লেপ্লগা অপাম্বা লৈত্রবা পুক্চেল্দা মাগী শিঙ্গ্রিবকাওবা চরা হেন্নাংবগী বাতু ময়ামদা খঙহল্লম্মী।

মৈনমহোল

নিংথৌনা গঙ্গা তোর্বান্দা শিঙ্গ্রিকাওবা চরা হেন্গে হায়না লেপখিবগী বাতুগী মরমদা মফমতুদা তিল্লরিবা মহাজনশিংগী করি মত লৈবগে খঙননবা হায়তুনা য়াম্না নোমুক্না চরা হেনবগী বাতু খঙহল্লম্মী। [illegible] য়াবেপ খুদিংমকী মতাঙদা মহাজন ফনাগুম্বা অমগী অয়াবা লৌগদবনি। মতুতনা তৌদোরিবা [illegible] চিন্না লৈরোইদৌবনি। মসিগী অর্থদি মতমতুদা পৃথিবীগী নিংথৌ ওইরম্বশিংনা [illegible] রাষ্ট্রনায়ক (*dictator*) নত্তমদে। মখোয়দি মুনি-ঋষিশিংগী বেদশাস্ত্র মতুং [illegible] চত্লম্মী। মহারাজ পরীক্ষিৎতি চপচাবা নিংথৌনিম্না শিঙ্গ্রিকাওবা মহাজনশিংগী পাউতাক লৌরগা চত্লম্মী।

শ্লোক ১৩

**রাজোবাচ**

**অহো বয়ং ধন্যতমা নৃপাণাং মহত্তমানুগ্রহণীয়শীলাঃ।**
**রাজ্ঞাং কুলং ব্রাহ্মণপাদশৌচাদ্ দূরাদ্ বিসৃষ্টং বত গর্হ্যকর্ম ॥১৩॥**

শব্দার্থ

রাজ উবাচ—নিংথৌনা হায়রম্মী; অহো—আঃ; বয়ম্—ঐখোয়; ধন্যতমা—মহৈয়ানবদা য়োরে; নৃপাণাম্—নিংথৌনত্তা; মহত্তম্—মহাত্মাশিংগী; অনুগ্রহণীয়-শীলাঃ—চানবীকম; রাজ্ঞাম্—নিংথৌশিংগী; কুলম্—শাগে; ব্রাহ্মণপাদ—ব্রাহ্মণশিংগী খোঙ; শৌচাৎ—খোংজুম; দূরাৎ—লাপ্না; বিসৃষ্টম্—লংখোকখি; বত—মরমদা; গর্হ্য—তুকচনাই-ওইবা; কর্ম—থবক।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

[illegible] নিংথৌনা হায়রম্মী—তশেংনমক, মহাত্মাশিংগী মকমদগী অনুগ্রহ (চানবীবা) ফংবা [illegible] নিংথৌশিংগী [illegible] শাগৎনবা হায়বতু ওইরে। অয়াম্বা মতমদা মুনিশিংনা নিংথৌশিংবু খোঙজুমগুম য়াম্না থাপ্না লংশেকখি।

## মৈনরোল

আচার্যবর্গ মতুং ইন্না মী, মুং অমদি খোঙজুরচিবা পোৎতি কায়া লাগা লংখোৎরবনি। মুখ্যা লোয়না ইনজরূম, মুখোম্নুকম্লচিবা আধুনিক সভ্যতাগী খুদোংচাবা খোৎরাং ওইবা য়াই, অদুবু মখোয়সি মুমদা লাগা থম্মদবনি হায়। কৃষ্ণ-খুম্না-তানবা মীতাশিংগীদি বিংথৌশিংবু অমাংবা পোৎয়া লাগখভম লাপথোকচৌবনি হায়বগী খুদম্নি শ্লোকসিদা পল্লিবসে। কৃষ্ণ খুম্না তানবা মীশীদি খেয়া শায়বা নত্রবা নিংথৌগা শম্নমদি আত্মঘাত তৌবদগী হেন্না ফম্বে হায়দুনা শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা হায়রম্মী। অমত্রোমদা হায়রগা, তত্ত্ববিৎশিংদি ভগবান্গী সৃষ্টিগী মপাঙ্গোংগী মজনমা শুমহুৎলবা মীতাশিংগা সঙ তৌদে। তত্ত্বজ্ঞান হেজিন্না লৈরবা তত্ত্ববিৎ অমনা কজরবা প্রাকৃত জগৎপু ভগবানগী রাজ্যগী মমি ত্তাবনি হায়না খঙঙী। মরমদুনা মখোয়বু নিংথৌগী লম্বুম্না নত্রগা অত্তুগুম্বা পোত্তা অমত্তনা শুমহৎপা ঙমদে। অদুবু মহারাজ পরীক্ষিৎকী মতাঙদদি ফীভমদু খেন্নরম্মী। মপাঙ্গোংদা উবদনা নিংথৌবু জ্ঞান বাৎপা ব্রাহ্মণ মচা অমনা শাপ তৌদুনা শিগদোরবনি, তশেংনা হায়বা তারবদি নিংথৌবু ভগবান্না মনাক্তা হল্লক্নবা কৌবনি। মহারাজ পরীক্ষিৎনা শিবফাওবা চরা হেনগদৌরি হায়বা মরম্না তিল্লম্বা মহর্ষি অমত্তুং যোগীশিংদু নিংথৌবু য়েংনীঙবনা য়াম্না খোৎরাংলম্মী, মরমদি নিংথৌদু ভগবান্গী নাক্তা হনগদৌরি। মফমদুদা তিল্লরিবা মহর্ষিশিংদু মহাকী মবুথৌ পাণ্ডবশিংবু ভগবান্দা ভক্তি লৈরম্বগীদমক য়াম্না চানবিরম্মী হায়বসি মহারাজ পরীক্ষিৎসু খঙলম্মী। মরমদুনা মহাক্না মাগী পুন্সি লোইবা মতাঙদা মফমদুদা লাকপীবগীদমক মহর্ষিশিংগী মফমদা তৌবিমল খঙবা উৎখিরম্মী অদুগা মাগী মবুথৌশিংগী গৌরব উদুনা মহর্ষিশিংনা লাক্লম্বনি হায়না মহাক্না খল্লম্মী। মরমদুনা অসিগুম্বা অচৌবা ভক্তশিংগী বংশধর ওইবা কংবগীদমক মহারাজ পরীক্ষিৎ চাউখোকচম্মী। ভগবদ্ভক্তশিংগী চাওথোকচবসি লম্বুম লৈবগীদমক তৌবা নাপল অদুগা তশেংনা মায়রে। অহানবগী চাওথোকচবসিনা সং হায়বদুনি অদুগা অকোনবগীসিনা ওইদবা হায়বদুনি।

### শ্লোক ১৪

**তস্যৈব মেঽঘস্য পরাবরেশো ব্যাসক্তচিত্তস্য গৃহেষ্বভীক্ষ্ণম্।**
**নির্বেদমূলো দ্বিজশাপরূপো যত্র প্রসক্তো ভয়মাশু ধত্তে ॥ ১৪ ॥**

### শব্দার্থ

তস্য—মহাকী; এব—তশেংনা; মে—ঐগী; অঘস্য—পাপীশিংগী; পরা—প্রাকৃত-নত্তবা; অবর—প্রাকৃত; ঈশঃ—মপু, ভগবান্; ব্যাসক্ত—হকচল্লবা; চিত্তস্য—পুক্নীংগী; গৃহেষু—ইমুংগী থক্তা; অভীক্ষ্ণম্—মতম পুম্নক্ক; নির্বেদমূলঃ—বৈরাগ্যগী (পাম্মদবগী) মরূপ; দ্বিজশাপরূপঃ—ব্রাহ্মণগী শাপকী মশক; যত্র—মমমদুনা; প্রসক্তঃ—যুম-শানবা; ভয়ম্—অকিবা; আশু—থুনমক; ধত্তে—ওইরে।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রাকৃত অমসুং অপ্রাকৃত জগৎ অনীমক্কী মবুংঙো পরমেশ্বর ভগবান্না কৃপা তৌবিদুনা ব্রাহ্মণ মচাগী শাপকী মশক লৌরগা ঐবু লাকৃথুবিবনি। ঐনা যুম্বানুবগী মায়কৈদা কম্না মায়ওন্নবা মরম্না ঐবু কনুবিরগে হায়দুনা ভগবান্না অস্তুয়া শকউৎপীরম্বনিদা ঐহাক্কি কিশদগী যুম্বান্‌বু পায়োইদৌরিবনি।

নৈনরোল

অচৌবা ভক্ত পাণ্ডবশিংগী শাগেদা পোক্লবহ্ন অহুগা ভগবান্‌গী সঙ্গ ফংনবা শিক্ষা চেংনা ফংলম্নবহ্ন মহারাজ পরীক্ষিৎনা সংসার-আসক্তি ওইবগী মিহৌবহ্ন কয়ামুক কল্লবগে হায়বনু মহাক্কী বৈরাগ্য ওইনবা ভগবাল্লা থৌরাং অমা লাওখি। থোইদোকপা ভক্ত অমগীদমক ভগবাল্লা অসিগুম্বা থৌরাং হেক হেক তৌরি। মাসি মহারাজ পরীক্ষিৎনা খঙবদি ব্রহ্মাণ্ডগী মমুঙদা লৈবা মহর্ষিশিং যোগীশিংনা মনাক্তা লাক্লম্বহ্নি। ভগবান্দি মাগী ভক্তশিংগা লোয়ননা লৈ, মরমহ্না মহর্ষিশিং লাক্লম্বহ্না তাকপদি ভগবান্‌, য়াওরে হায়বা তাকপনি। নিংথৌনা মহর্ষিশিংনা লাক্লম্বহ্নবু পরমেশ্বর ভগবাল্লা মাবু চান্‌বিবনি হায়না ভরাম ভরাম তৌখি।

শ্লোক ১৫

তং মোপযাতং প্রতিয়ন্তু বিপ্রা<br>গঙ্গা চ দেবী ধৃতচিত্তমীশে।<br>দ্বিজোপসৃষ্টঃ কুহকস্তক্ষকো বা<br>দশত্বলং গায়ত বিষ্ণুগাথাঃ ॥ ১৫ ॥

শব্দার্থ

তম্—মরমহ্নগীদমক; মা—ঐবু; উপযাতম্—চঙজরকপা; প্রতিয়ন্তু— ঐবু লৌবিয়ু; বিপ্রা—হে ব্রাহ্মণশিং; গঙ্গা—গঙ্গামাতা; চ—সু; দেবী—ভগবান্‌গী চংবা প্রতিনিধি, ধৃত—চঙলবা; চিত্তম্—থম্মোই; ঈশে—ভগবান্দা; দ্বিজ-উপসৃষ্টঃ—ব্রাহ্মণা শেম্বা; কুহকঃ—মিত্রংগী ওইবা; তক্ষকঃ—তক্ষক কৌবা লিল; বা—নত্রগা; দশতু—চীয়মু; অলম্—থীন্দবমখৈ; গায়ত—ঈশৈ শকৃথবীয়ু; বিষ্ণুগাথাঃ—শ্রীবিষ্ণুগী ৱারীদো।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে ব্রাহ্মণ পুম্বা, ঐবু পুঙকং-কংথোকচরবা মীনি হায়না লৌশন্‌বিয়ু অহুগা ভগবান্‌গী প্রতিনিধি ওইরিবী ইমাবেম্মা গঙ্গাদেবীনসু মতৌ অমুম্না ঐবু লৌশঙ্গন্ন, মরমদি ভগবান্‌গী খোঙ-থম্বান্‌বু ঐগী থম্মোই-লকাইংবা লৌশন্‌জরে। তক্ষক হায়বা লিল্লা নত্রগা ব্রাহ্মণা পুথোৎকপা মিত্রংগী পোৎনা (কুহক-না) ঐবু খুদক্তা চীকশনু। ঐনা পাম্‌জবদি নখোয় লোইনমক্ক ভগবান্ বিষ্ণুগী কথামৃতহ্ন শকশোম্বহ্না লৈবহ্নদনি।

নৈনরোল

কনাগুম্বনা পরমেশ্বর ভগবান্‌গী শ্রীচরণথাদা মশাবু পুঙকং-কংথোকচরবা মীদি শিববু কিজ্রে। ভগবান্‌গী মহৎভক্তশিংনা গঙ্গা তোর্বান্দা লেপলক্‌না তিল্লবহ্নে অহুগা মহারাজ পরীক্ষিৎনা ভগবান্‌গী শ্রীচরণ অনীবু লৌশন্‌জবনে—মরম অনীসিদগী ওইরকপা মতৌনা নিংথৌ শোয়দনা ভগবান্‌গী নাক্তা হল্লগনি হায়বগী প্রমাণ ওইরে। মতৌ অসুম ওইবনা মহারাজ পরীক্ষিৎ শিববু করিমতা কিরমজ্রে।

শ্লোক ১৬

পুনশ্চ ভূয়াদ্ভগবত্যনন্তে রতিঃ প্রসঙ্গশ্চ তদাশ্রয়েষু।<br>মহৎসু যাং যামুপযামি সৃষ্টিং মৈত্র্যস্ত সর্বত্র নমো দ্বিজেভ্যঃ ॥ ১৬ ॥

### শব্দার্থ

পুনঃ—অমুক হন্না; চ—অমসুং; ভূয়াৎ—ওইসনু; ভগবতি—ভগবান্দা; অনন্তে—ওমখৈ লৈতবদা; রতিঃ—চিংশন্বা; প্রসঙ্গঃ—মপুঙফানা লোয়নবা; চ—সু; তৎ—মহাক্কী; আশ্রয়েষু- মাগী ভক্তশিং মরক্তা; মহৎসু—প্রাকৃত সৃষ্টিগী মমুঙদা; যাম্ যাম্—মফম মফমদা; উপযামি—ঐনা চংগদবা; সৃষ্টিম্—ঐগী মপোক (জন্ম); মৈত্রী—মরূপ ওইবা; অস্তু—ওইসনু; সর্ব্বত্র—মফম পুম্নমক্তা; নমঃ —খুরুমজরি; দ্বিজেভ্যঃ—ব্রাহ্মণশিংদা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অমুক হন্না ব্রাহ্মণশিংদা খুরুমজরগা হঙজৎচরি, মচুদি—প্রাকৃত জগৎসিদা ঐনা অমুক হন্না পোক্লবদি ওমখৈ নাইদবা ভগবান্দা রতি লৈজবা, মাগী ভক্তশিংগী সঙ্গ ফংজবা অমসুং জীব পুম্নমক্কা মরূপ ওইবা ফংজবা ওইসনু।

### মৈনরোল

ভগবদ্ভক্তদনা মহৈ-য়ানবা জীবনি হায়বসু মহারাজ পরীক্ষিৎনা শ্লোকসিদা তাক্লি। ভগবদ্ভক্তদি মাবু য়েংথিবা য়েক্লবা য়াম্না লৈরবসু, কনামতগী য়েক্লবা ওইদে। ভক্ত-নত্তবশিংবু য়েংথিরক্লবসু ভক্তনা মখোয়গদি তিন্নমীংদে মহাক্না তিন্নমীংবদি ভগবানগী ভক্তশিংগদনি। হায়রিবসি মশানা পোপ তাবা বানি মরমদি জাৎ অমতগী উচেকশিংনা পুল্লপ চৎমিন্নৈ, (হায়বদি মান্ন-মান্নবা তিন্নৈ)। ভক্তগী খুৎইদগী মরু ওইবা থবক্তি জীব পুম্বগী মপা ওইবা শ্রীকৃষ্ণদা আসক্ত ওইবা হায়বসুনি। মপাগী মচানুপা অমনা মাগী মচিন্নমনাওশিংবু মুংশিন্নবা মরূপকুম তিন্নবদোনা ভক্ত অমনসু ভগবানগী মচানুপা অফবা অমগুম্না পরমপিতা ভগবান্ কৃষ্ণগী মচা ওাক্তনি হায়না জীব অতৈ পুম্ববু উই। মহাক্না ভগবান্গী মচা লমহেনবশিংবু জ্ঞান তাহন্নবা হোৎনৈ অমসুং ভগবান্বু- লোইনমক্কী পরমপিতানি হায়বসু য়াহন্নবা হোৎনৈ মহারাজ পরীক্ষিৎতু শোয়দনমক ভগবানগী নাক্ত' চৎকদোরিবনি, অমসুং মহাক্না করিগুম্বা চৎপা ফংত্রবফাওবদা সংসারদা লৈবদা করম্বা মওংদা লৈরগা মহৈ-য়ানবা পুন্সি ওইগদগে হায়বগী ফিদম অমসু ফংজগে হায়না প্রার্থনা তৌজরম্মী। ভগবদ্ভক্তনা ব্রহ্মাগফাওবা সঙ্গ তৌনীংদে, অমসুং ভগবান্গী ভক্তনি হায়রবদি জীব মচা পিথক অমগী সঙ্গসুবুনা হেন্না পামজৈ।

### শ্লোক ১৭

ইতি স্ম রাজাধ্যবসায়যুক্তঃ
প্রাচীনমূলেষু কুশেষু ধীরঃ।
উদঙ্মুখো দক্ষিণকূল আস্তে
সমুদ্রপত্ন্যাঃ স্বসুতন্যস্তভারঃ ॥১৭॥

### শব্দার্থ

ইতি—অসুম্না; স্ম—ওইরম্মী; রাজা—নিংথৌ; অধ্যবসায়—আইন্-কন্বা; যুক্তঃ—য়াওবা; প্রাচীন —নোংপোক মায়কৈগী; মূলেষু—মরু য়াওনা; কুশেষু—কুশগী ফিদাদা; ধীরঃ—পাখত্তবা; উদঙ্মুখঃ— মায় অবাং ওন্দুনা; দক্ষিণ—খাথংবা; কূল—তোর্ব্বান্; আস্তে—লৈ; সমুদ্র—সমুদ্রগী; পত্ন্যাঃ— ভালোইমুবী (গঙ্গা); স্ব—মশাগী; সুত—মচানুপা; ন্যস্ত—শিন্নরবা; ভারঃ—লৈবাক-ওাকপগী থবক।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ইন্দ্রিয়স্পৃহা খুদুম চল্লবা আইনুকনুবা নিংথৌনা মহাক্কী থাথংবা তোর্কখান্দা নোংপোক-মায়কৈদা মখোক ওল্লিবা কুশকী আসন থাদুনা ময়গা মশামক্তা অরাংমায়কৈ ওল্লম্মী। অদু তোঙ্গিরৈগী মমাঙদা নিংথৌনা মচানুপোদা শাসনগী ভার পিন্নরম্মী।

নৈনরোল

গঙ্গা তুরেলসি সমুদ্রগী তালোই মুখীনি হায়না মীং চৎলী। মরা য়াওনা কুকপা কুশনা শারথদি কুশকী আসন অদু শেংডী হায়না খল্লে অদুগা মরাক্তুনা নোংপোক মায়কৈ ওল্লবদি মঙ্গলগী মশক্তি হায়। পরমার্থ তানুবদা সিদ্ধি ফংনৌংলবদি অরাংমায়কৈ ওনবা কৈ। মহারাজ পরীক্ষিৎনা য়ুম থাদোক্লমদায়দা মচানুপোদা রাজ্য ভার পিন্নরম্মী। মতৌ অসুম্না ফিভম অকবদা লৈবা য়াননবা থৌরাং নিংথৌনা তৌরম্মে।

শ্লোক ১৮

এবং চ তস্মিন্নরদেবদেবে
প্রায়োপবিষ্টে দিবি দেবসঙ্ঘাঃ।
প্রশস্য ভূমৌ ব্যকিরন্ প্রসূনৈ-
র্মুদা মুহুর্দুন্দুভয়শ্চ নেদুঃ ॥১৮॥

শব্দার্থ

এবম্—অসুম্না; চ—অমসুং; তস্মিন্—মহুদা; নরদেবদেব—মহারাজনা; প্রায়-উপবিষ্টে—শিবা-ফাওবা চরা হেন্নী হায়না লৈরবদা; দিবি—অতিয়াদা; দেব—লাইয়াম; সঙ্ঘাঃ—লোইনমক্না; প্রশস্য—থাগৎতুনা; ভূমৌ—লৈবাক্তা; ব্যকিরন্—চাইখি; প্রসূনৈঃ—লৈরাং; মুদা—নুংঙাইনা; মুহুঃ—তৎতনা; দুন্দুভয়ঃ—স্বর্গগী পুঙ; চ—সু; নেদুঃ—য়ৈখি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতৌ অসুম্না মহারাজ পরীক্ষিৎ শিবফাওবা চারা হেন্নগদৌবগী ফমথরম্মী। নিংথৌনা তৌরবদু স্বর্গগী লাইয়াম্না থাগৎলম্মী, হয়রাওনা অতং-অথম্ লৈতনা মালেমথক্তা লৈ চাইথরম্মী অমসুং স্বর্গগী পুঙ দুন্দুভি হায়বদু য়ৈরম্মী।

নৈনরোল

মহারাজ পরীক্ষিৎকী মতমদুফাওবদা লোক অমদগী অমদা ফাওনদুনা মরী লৈনরম্মী। মহারাজ পরীক্ষিৎনা মোক্ষ ফংননবা শিবফাওবা চরা হেন্নগনি, হায়বগী পাউদু বুদ্ধি-লৈব দেবতাশিংগী লৈফম অতিয়াগী লোকশিংদা য়ৌখি। লাইশিংনা মীওইবশিংদগী হেন্না অকে-অমোগী থবক তৌরম্মী, অদুবু মখোয়দি পরমেশ্বর ভগবান্গী য়াক্তে ইন্দুনা চৎলম্মী। স্বর্গলোকশিংদা নাস্তিক (ভগবান্ লৈ হায়বা থাজদবা) অমতা লৈরমদে। অদুনা মখোয়না মালেমথক্কী ভগবদ্ভক্তবু মতম লৈবা খিবিক্তা থাগৎলম্মী, মহারাজ পরীক্ষিৎকী মতাঙদনা দেবতাশিংদু য়াম্না হরাওরম্মী, অমসুং সম্মানগী খুদম ওইনা মালেমথক্তা লৈ চাইথখি অদুগা পুঙ দুন্দুভি য়ৈখি। কনাগুম্বনা কৃষ্ণগী খুন্না ভানুখিবা উবদা লাই খুদিংনা হরাওই। ভগবদ্ভক্তবু মহাত্মা কয়ামুক পেল্লবগে হায়ববু মাগী আধিদৈবিক শক্তিনা ভক্তশিংবু মায়কৈ খুদিংমক্তা তেঙবাঙই। মখোয়গী মতৌদুদা ভগবান্দসু মখোয়বু পেনবী। ভগবান্গে দেবতাশিংনে অদুগা ভক্তশিংনে ঐখোয়না উবা ফংদবা মওংদা থবক তৌমিন্নৈ।

## শ্লোক ১৯

**মহর্ষয়ো বৈ সমুপাগতা যে প্রশস্য সাধ্বিত্যনুমোদমানাঃ।**
**ঊচুঃ প্রজানুগ্রহশীলসারা যদুত্তমশ্লোকগুণাভিরূপম্ ॥ ১৯॥**

### শব্দার্থ

মহর্ষয়ঃ—অচৌবা ঋষিশিং; বৈ—অওইবমক্তি; সমুপাগতাঃ—মফমতুদা তিল্লম্বা; যে—মখোয়; প্রশস্য—থাগৎতুনা; সাধু—ফরে; ইতি—অস্থুম্না; অনুমোদমানাঃ—য়াবিদুনাঃ ঊচুঃ—হায়রম্মী; প্রজা-অনুগ্রহ—জীবশিংবু চান্‌বীবা; শীল-সারাঃ—গুন্না পাঙ্গল্লবা; যৎ—মরমদি; উত্তমশ্লোক—থরুংলবা শৈরেংনা থাগৎলবা মহাকী; গুণ-অভিরূপম্—মগুন্না শকহেল্লবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মফমতুদা তিল্লম্বা মহর্ষিশিংনা মহারাজ পরীক্ষিৎকী ৱারেপ অদুবু থাগৎলম্মী; মদু মখোয়না য়ারে হায়রদু 'য়াম্না ফরে' হায়বা ৱাহৈনা ফোঙদোকলম্মী। মহৌশানা মহর্ষিশিংদি মীয়াম প্রজাগী ফনবদা তৌনীংবনি, মরমদি মখোয়দা ভগবান্‌গী গুণ-চেন্‌বা শক্তিদু য়াওরম্মী। মরমদুনা মখোয়না ভগবদ্ভক্ত মহারাজ পরীক্ষিৎপু উবদা য়াম্না পেন্‌খি, অদুনা মথাগী ৱাহৈশিং হায়খি।

### নৈনরোল

জীবগী মশাগী লৈজবা ফজবদু ভক্তি যোগদা কাথৎলবা মতমদা অমুক হেনগৎলবনি। মহারাজ পরীক্ষিৎতি কৃষ্ণদা লুপ্লবনি। মদুউবদা মফমদুদা তিল্লম্বা মহর্ষিশিংনা য়াম্না পেল্লম্মী, মখোয়না নিংথৌ-মতৌদু য়ারে হায়বদু 'য়াম্না ফরে' (সাধু, সাধু) হায়বা ৱাহৈনা ফোঙদোকলম্মী। অসিগুম্বা ঋষিশিংদি প্রজা মীয়ামগী ফগদৌবদা তৌনিঙবা ওাক্তি। মখোয়না মহারাজ পরীক্ষিৎকুম্বা মীনা ভক্তিগী লমদাঙদা চাউখৎলম্বদু উবদা মখোয়গী পেন্‌বগী ওমখৈ লৈরমদে, অদুনা মখোয়না ওম্বমখৈ নিংথৌদা আশিষ তৌরম্মী। ভগবান্দা ভক্তি লৈবা হায়বসিনা কয়ামুক মঙ্গলগী মশক ওইবগে হায়ববু দেবতা পূম্বা, ঋষি পূম্বা করি হায়নি ভগবান্‌মক্তা ভক্তদুবু পেল্লম্মী, মরমদুনা ভক্তনা থবক খুদিংমকপু মঙ্গলগী মশক্তি হায়না লৌখি। খুমাঙ-চাওখৎলক্লিবা ভক্তগী লম্বীদগী অমঙ্গল পুম্নমক মাঙঙ্গী। শিরমদাইদা মহর্ষিশিংগা উনরম্বদু মহারাজ পরীক্ষিৎকীদমক্তি মঙ্গল নশক শোইদমখৈ ওইরবনিঃ মতৌ অস্থুম্না মহাকী মফমদা ব্রাহ্মণ-মচা অমগী শিরাপ্নি হায়রিবদু বর ওইনা থোক্লম্লে।

## শ্লোক ২০

**ন বা ইদং রাজর্ষিবর্য্য চিত্রং**
**ভবৎসু কৃষ্ণং সমনুব্রতেষু।**
**যে অধ্যাসনং রাজকিরীটজুষ্টং**
**সদ্যো জহুর্ভগবৎপার্শ্বকামাঃ ॥ ২০ ॥**

### শব্দার্থ

ন—নত্তে; বা—মসিগুম্বা; ইদম্—অসি; রাজর্ষি—ঋষি-ওইবা নিংথৌ; বর্য্য—মকোক; চিত্রম্—ওক্লগাই; ভবৎসু—নঙোন্দা; কৃষ্ণম্—কৃষ্ণবু; সমনুব্রতেষু—তুংইনবশিংদা; যে—মখোয়; অধ্যাসনম্—সিংহাসন মথক্তা ফম্লিবা; রাজকিরীট—নিংথৌগী লুহুম্না; জুষ্টম্—লৈতেংলবা; সদ্যঃ—খুনংক; জহুঃ—থাদোকখি; ভগবৎ—পরমেশ্বর ভগবান্; পার্শ্বকামাঃ—মনাক নক্লীবা।

## মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণগী তুংইন্‌বা পাণ্ডুবংশগী রাজর্ষিলক্তা অথোইবা, পরমেশ্বর ভগবান্‌গী লেঙদবা সজ পাম্বগীদমক নিংথৌশিংগী লুহুপ্পা লৈতেংলবা সিংহাসন অদুবু মহারাজনা থাদোকপদা করিস্থু শুরুত্তাই ওইদে।

## নৈনরোল

অপণ্ডবা রাজনীতি-শাস্ত্রবা মীনা শাসনগী কম পায়রগা মতম থরগীদমক পায়বা কম অদুবু পুন্সিগী বাংলেন্-বাংবা অতোংবনি হায়না থল্লী। মরমদুনা ভগবান্‌গী নিত্যধামদা মাগী পার্ষদ অমা ওইনবা সংসারদগী মুক্তি ফংববু পুন্সিগী খ্বাইদগী হেন্‌বা অতোংবনি খঙদদুনা মখোয়না পায়রিবা কমদু পুন্সি চুপ্পা পায়গদবগী নপশন্দুনা লৈ। মীওইবা পুন্সিদি কৃষ্ণনাক য়োবা হায়বা পান্দমসিগীনি। ভগবাল্লা ভগবদগীতাদা হনজন্-হনজন্ হায়রম্মী মদুদি ভগবান্‌গী নাক হায়বদি মাগী নিত্যধামদা হন্‌বা হায়বদুতনা বাংলেন্-বাংবা ফিদম্নি। প্রহ্লাদ মহারাজনা নরসিংহ ভগবান্দা স্তব তৌবা মতমদা হায়খি— হে প্রভু, সংসারীগী পুন্সিসিবু ঐহাক য়াম্না কি অদুগা নৃসিংহদেব ওইবা নঙগী হৌজিক ওইরিবা অকিবগী মশক ওইবা মায়থোংবুদি কিদে। সংসারীগী পুন্সিসে পোৎ তকখায়নবা চক্রৌগুম্বনি, মসিনা ঐখোয়বু তক্‌খাইরি। ঐখোয় অকিবগী মশক ওইবা পুন্সিগী ইথক-ইরৈমুংদা ত্তারে, মরমসিনা, হে প্রভু, ঐবু ননাই ওইনা নঙগী নিত্যধাম অদুদা অমূক কৌশন্‌বিরে। হায়না নখূয়াদা খুরুমজরি। মাসনি সংসার-য়ুম্বান্‌গী অয়্নোবী অয়ান-খুতম (মোক্ষ) হায়বদু। সংসারগী পুন্সিসে মাগী চৈনাথোন্‌গা লোয়ননা থাবনা লোইরে। ইপোক অমদবু ওইরবসু অমদবু ওইরবসু ঐগী তৌজমন মতুং ইম্না পোক্লবদা ঐনা থেংনবসি শাথিবা পোৎলম অনীদনি, মদুদি—ঐগী মুংশিজবা মহাক্তা কায়নবা অদুগা অমনা পামদবা পোৎ থেংনবা। মসি তোক্লবা ঐনা শীজন্নবা হীদাকশিংদি অনাবা মশাদগী হেন্না শাথিরে। অদুনা মপোক অমদগী মপোক অমা তম্ তাউথবগুম লৈরে। মরমসিনা নখূয়াদা ঐবু লৌশন্‌বিয়ু হায়না খুরুমজরি।"

পাণ্ডববংশগী নিংথৌশিংদি অতৈদগী হেন্না রাজর্ষি ওইবা ভাক্তনিনা সংসারীশিংগী পুন্সি মহৈদু চাবদা থাবনা লোইরম্রে। মখোয়না কম্নশা নিংথৌরেন্‌গী সিংহাসনগী অরণ্ডবদুনা মখোয়দু শুমহৎপা শুমখিদরে। অদুনা ভগবান্‌গী নাক্তা লেঙদনা লৈমিন্নবা মখোয়বু কৌশন্‌বিরক্লবা তাঞ্জাদু শাইদুনা লৈরম্মী। মহারাজ পরীক্ষিৎতি মহারাজ যুধিষ্ঠিরগী মতীকচাবা মশুবুংঙোনি। মহারাজ যুধিষ্ঠিরনা সিংহাসন অদু মশুবুংঙোদা থাদোক্লম্মী অদুগা মতৌ অদুগুম্না মহারাজ যুধিষ্ঠিরগী মশুবুংঙো ওইবা মহারাজ পরীক্ষিৎসু মজাবুংঙো জন্মেজয়দা নিংথৌরেনগী সিংহাসন-অদু পীথোক্লম্মী। মদুনা মখোয়গী শাগৈদা পোকপা নিংথৌশিংনা মদুম্না: ভাক তৌখি. মরমদি মখোয় চপচানা চেকশন্না কৃষ্ণভক্ত ওইবা ভাক্নি। মতৌ অদুগুম্না ভগবদ্ভক্তবুদি সংসার-জীবনগী অরংবা মমায়না শুমহৎপা ঙমদে। মখোয়দি সংসারীশিংগী মায়িক জীবনগী পোৎশকপু থোইনা হকশন্না পায়্‌বা লৈতে।

### শ্লোক ২১

**সর্ব্বে বয়ং তাবদিহাস্মহেঽথ কলেবরং যাবদসৌ বিহায়।**
**লোকং পরং বিরজস্কং বিশোকং যাস্যত্যয়ং ভাগবতপ্রধানঃ॥ ২১॥**

### শব্দার্থ

সর্ব্বে—পুম্নমক; বয়ম্—ঐখোয়; তাবৎ—মতম অদুকীমখৈ; ইহ—মফমসিদা; অস্মহে—লৈগনি; অথ—অদুগী তুংদা; কলেবরম্—হকচাঙ; যাবৎ—মতম অদুক; অসৌ—মহাক (নিংথৌ); বিহায়—থাদোক্লুনা; লোকম্—লমদম; পরম্—অথোইবা; বিরজস্কম্—মায়া-পক্তবা; বিশোকম্—অবাবা য়াওদবা; যাস্যতি—চৎকনি; ইয়ম্—অসি; ভাগবত—ভক্ত; প্রধানঃ—মকোক।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ভক্ত মকোক মহারাজ পরীক্ষিৎনা মায়া-চঙদবা অদুগা কায়নবগী অবা-অনা লৈতবা পরলোক অদুদা হন্ত্রিবফাওবা ঐখোয় মফমসিদা লৈগনি।

### নৈনরোল

শুলভিয়াদা লৈবা নোংগা চাংদম্নরিবা প্রাকৃত সৃষ্টিগী বাংমদা বৈকুণ্ঠ লোক ময়াম্না থল্লবা পরব্যোম (প্রাকৃত-নত্তবা অতিয়া) লৈ। বৈকুণ্ঠলোকশিংসিসু তোঙান্-তোঙান্বা মিংনা খঙনৈ, মদুদি—পুরুষোত্তমলোক, অচ্যুতলোক, ত্রিবিক্রমলোক, হৃষীকেশলোক, অনিরুদ্ধলোক, মাধবলোক, প্রদ্যুম্নলোক, সঙ্কর্ষণলোক, শ্রীধরলোক, বাসুদেবলোক, অযোধ্যালোক, দ্বারকালোক-নচিংবা কোটি কোটি বৈকুণ্ঠলোক লৈ, লোকশিংদুদা পরমেশ্বর-ভগবাম্না ঙাম্লোই; মফমশিংদুদা লৈবা জীবশিংদি মুক্ত-আত্মা ওাক্লি, মখোয়গী হকচাঙদু ভগবান্গীগুম্না চিন্ময়দেহনি। মফমদুদা মায়া চঙদে। মফমদুগী পোৎ খুদিংমক চিন্ময় ওাক্তনি, মরমদুনা মফমদুদা করিগুম্বা অমত্তা বানঙাই লৈতে। মখোয়দি চিদানন্দগী ওাক্লি অদুগা পোকপা, শিবা, অনায়েক-ভৌবা, হন্নবা হায়বদু মখোয়গীদি লৈত্রে। মথক্তা পল্লিবা বৈকুণ্ঠলোক ময়ামসিগী মরক্তা খ্বাইদগী হেন্বা (পর) লোক অমা লৈ, মদুগী মিংদি গোলোক বৃন্দাবন কৌই, লোক অসি ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণ অমসুং মহাক্কী বিশেষ পরিকর (লোইন্) ময়ামগী মরান্নাইনি। মহারাজ পরীক্ষিৎতো হায়রিবা লোক অসি ফংঙ্, হায়না তম্ব্রবনি; ব্রাফমসি মফমদুদা তিল্লরিবা ঋষিশিংনা হাল্লা উবা ওমখি। মখোয় লোইনমল্লা মহারাজ পরীক্ষিৎকী তিরোধানগী মরম নৈনরন্মী অদুগা তিরোধান তৌরমদাইগী অরোইবা মীৎকুপ অদু কাওবা মখোয় মফমদুদা লৈনীংখি, মরমদি ভগবান্গী মহাভক্ত অসিগুম্ববু অমুক হন্না উবা ফংলরোইদৌবনিনা। অসিগুম্বা মহাভক্ত অমনা থ্রুপগীদমক করিসু বানঙাই লৈতে মরমদি মহাক ভগবান্গী রাজ্যদা চঙগ্রগদবনি। অদুবু অবাবা অমদি লৈ মদুদি অসিগুম্বা মহাভক্তবু ঐখোয়গী মীৎসিনা উররোইদৌরি। ভগবানবু ঐখোয়গী লৈজরিবা মীৎমা উবা ফংদবগুম মহাভক্তশিংবুসু উবা ফংলোই। মরমসিনা মহর্ষিশিংনা মহারাজ পরীক্ষিৎনা তিরোধান তৌগদবা পুঙফমগী অরোইবা মীৎকুপ কাওবা মফমদুদা লৈথবা পাম্লিবনি।

### শ্লোক ২২

আশ্রুত্য তদৃষিগণবচঃ পরীক্ষিৎ
সমং মধুচ্যুদ্গুরু চাব্যলীকম্।
আভাষতৈনানভিনন্দ্য যুক্তান্
শুশ্রূষমাণশ্চরিতানি বিষ্ণোঃ ॥ ২২ ॥

### শব্দার্থ

আশ্রুত্য—নাকোঙনা তারবা মতুংদা; তৎ—মহা; ঋষিগণ—তিল্লম্বা ঋষিশিংগী; বচঃ—বাতাঙ; পরীক্ষিৎ—মহারাজ পরীক্ষিৎ; সমম্—চপমান্নবা চৎপা; মধুচ্যুৎ—নাকোঙনা তাবদা থুম্বা; গুরু—চাউরেম্বা; চ—অমসুং; অব্যলীকম্—অচুম্বা, সত্য; আভাষত—হায়রম্মী; এতান্—মখোয় পুম্নমক; অভিনন্দ্য—থুরুমহুনা; মুক্তান্—চপচান্না পল্লবা; শুশ্রূষমাণঃ—শ্রবণ-তৌনীংবা; চরিতানি—চরিত ময়াম; বিষ্ণোঃ—বিষ্ণুগী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহারাজ পরীক্ষিৎনা ঋষিশিংগী অসিগুম্বা মীচঙ-মীথায়-মাইদবা, অমৃতগুম্মা থুম্বা চাউলেম্বা খোন্দাগী অওইবা বা তাক্তা নাকোঙনা তারগা শ্রীকৃষ্ণগী চরিত তানীংহুনা ঋষিশিংবু থুরুমহুনা খা হন্‌ংলকখি।

### শ্লোক ২৩

**সমাগতাঃ সর্ব্বত এব সর্ব্বে বেদা যথা মূর্ত্তিধরাস্ত্রিপৃষ্ঠে।**
**নেহাথ নামুত্র চ কশ্চনার্থ ঋতে পরানুগ্রহমাত্মশীলম্ ॥ ২৩ ॥**

### শব্দার্থ

সমাগতাঃ—তিল্লম্বা; সর্ব্বতঃ—মায়কৈ পুম্নমদগী; এব—তশেংনমক; সর্ব্বে—পুম্নমক; বেদাঃ—বেদশিংনা; মূর্ত্তিধরাঃ—মূর্ত্তি-লৌবা; ত্রি-পৃষ্ঠে—মরোল অহুমগী মথক্তা লৈবা ব্রহ্মলোক অহুদা; ন—নত্তে, ইহ—লোক অসিদা; অথ—অতুগী তুংদা; ন—নত্তে; অমুত্র—পরলোক-তা; চ—অমসুং; কশ্চন—কনানা; অর্থ—তাম্না; ঋতে—নত্তনা; পর—অতোপ্পশিং; অনুগ্রহম্—চান্‌বীবা; আত্মশীলম্—মশাগী স্বভাব।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নিংথৌবা হায়রম্মী—হে ঋষিপুম্বা, ব্রহ্মাণ্ডগী মফম পুম্নমদগী লেংলক্লগা মফমসিদা থৌজান্‌বিহুনা তিনবিরে। মরোল (লোক) অহুমগী মথক্তা লৈবা সত্যলোক হায়বহুদা মূর্ত্তি-লৌবা বেদ তাক্তনি নখোয়দি। মরমহুনা নখোয়গী হৌনশাদি অতৈ-অতোপ্পগী মফমদা থকবা তৌবনি; মসি নত্তনা ইহলোক পরলোক অনীমক্তা মখোয়গী লম্নাই অপাম্বা করিস্ত লৈতে।

### নৈনরোল

ভগ (লন্) মখল শরুক হায়বদি ঐশ্বর্য্য (লন্), বল (পাঙল), যশঃ (মিংচৎ), শ্রী (শকফজবা), জ্ঞান (খঙবা), অমসুং বৈরাগ্য (মায়াগী ওইবা পোৎ পামদবা) অসিগুম্বা অদ্বয়তত্ত্ব (অমীত্তদবা) ভগবান্‌গী মগুণ তাক্তনি। ভগবান্‌গী অংশ ওইবা জীবশিংদু মচেৎ ওইনা গুণ তরুকসি চেল্লী, মহুনা কয়ামুক চেন্‌বগে হায়রবু য়েংদ-য়োরবদা ভগবান্না চেল্লিবা শরুকী চামদা ৭৮ লোম য়োনা চেল্লী। প্রাকৃত জগত্তা হায়রিবা গুণশিং অসিবু (শরুক ৭৮ অসি) মুমীৎপু নোংনা কৃপ্পগুম্না মায়ানা কৃপ্পী। মুমীৎকী নোংনা কৃপ্পবা মঙাল অহু মাগী মশাগী অরঙবহুগা চাংদম্নবদা য়াম্না মমশিল্লী, মতৌ অহুগুম্না মায়ানা কৃপ্পবা গুণ চেল্লিবা জীবগী মহৌশাগী মচুহু [illegible] ॥ মথা, ময়াম, মথক হায়বা জগৎ মরোল অহুমথক লৈ; মীওইবশিংবা [illegible], অতুগা ব্রহ্মা অমসুং মাগী মতমগী জীবগুণশিংনা মথক-থংবা লোকশিংদা লৈ, [illegible] সংবদি সত্যলোক হায়বহুনি। সত্যলোক হায়বহুদদি মহুগী জীবশিংনা বৈদিক [illegible] অহুম তৌবনা মায়া হায়বা লৈচীন্-

লোংবকাইহু থাংলে। মরমদুনা মখোয়বু মুক্তি-লৌবা বেদ হায়না খঙবে। অদুগুম্বা জীবশিংনা ইহলোক পরলোক অনীমক্কী জ্ঞান পূর্ণখঙ খঙলবসিনা ইহলোক পরলোক্কী ওইবা করিগুম্বা অমতম্ব পামদে। অমেবেদি মখোয় প্রভাগী অপাম্বা লৈত্রবা (নিষ্কাম) ভক্ত ওয়াক্নি। ইহলোকসিদসু মখোয়গী মংনীংথা কনিমতা লৈত্রে, অদুগা পরলোকদসু মখোয় মপূংফাদুনা (পূর্ণ) ওইদুনা লৈ। অদুদি করিগীদমক মখোয় ইহলোকসিদা লাক্লিবনো? ভগবান্গী য়াথংনা ব্রহ্মাণ্ড তোঙান্-তোঙান্দা মায়া-লাংদা থুরবা (পতিত) জীবশিংবু লৌথংপীনবা হায়দুনা দেবদুত ওইনা কুমথরকয়ি। মর্ত্ত্যলোকসিদা মখোয়-কুমথরক্লগা মফম অতম য়েং-য়েংদুনা মায়াগী মরক ওইরবা থবক তৌঙি। মায়ানা শুমহুৎপদগী সংসারদা পৎতুনা লৈরবা পতিত জীবশিংবু লৌথংপিবগী থবক অদুনা অপাংসিদা মখোয়গী তৌনীংঙাই করিমতা লৈতে।

শ্লোক ২৪

**ততশ্চ বঃ পৃচ্ছ্যমিমং বিপৃচ্ছে বিশ্রভ্য বিপ্রা ইতিকৃত্যতায়াম্।**
**সর্ব্বাত্মনা ম্রিয়মাণৈশ্চ কৃত্যং শুদ্ধং চ তত্রামৃশতাভিযুক্তাঃ ॥২৪॥**

শব্দার্থ

ততঃ—মরমদুনা; চ—অমসুং; বঃ নখোয়দা; পৃচ্ছম্—হংগদবা বা; ইমম্—অসি; বিপৃচ্ছে—হংজগে; বিশ্রভ্য—থাজবা য়াবা; বিপ্রাঃ—ব্রাহ্মণশিং; ইতি—অসুম্না; কৃত্যতায়াম্—থৌয়াম মরক্তা; সর্ব্ব-আত্মনা—মীপুম খুদিংনা; ম্রিয়মাণৈঃ-শিগদৌরবশিংনা; চ—অমসুং; কৃতম্—তৌফম থোকপা থবক; শুদ্ধম্—পাপ-য়াওদবা; চ—অমসুং; তত্র—মফমদুদা; আমৃশত—বিচার মুন্না তৌদুনা; অভিযুক্তাঃ—চপচাবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মরমদুনা, হে থাজবা য়াবা ব্রাহ্মণ পুম্বা, হৌজিক হৌজিক ঐনা করি তৌফম থোকপগে হায়বদু নখোয়দা হংজনীংঙী। ফীভম পুম্নমক্তা থোইদোক-হেন্দোক্না শিগদৌরবা মীনা অশেংনা তৌগদবা মখো করিনো হায়বদু তাকপীয়ু।

নৈনরোল

শ্লোকসিদা নিংথৌনা বিদ্যা-লৈরবা ঋষিশিংগী মফমদা বাহং অনীথক হংলি। ফীভম পুম্নমক্তা মীপুম খুদিংনা তৌফম থোকপা মখো করিনো হায়বসিনা অহানবা বাহংনি, অদুগা অনীশুবা বাহংদা খুনমক শিগদৌরবা মীনা তৌগদবা থোইদোকপা মখোনা করিনো হায়বসিনি। বাহং অনীসিগী মতুঙদা, শিগদৌবা মীগী মরী লৈনবা বাহংসিনা মরুওইবনি মরমদি মী খুদিংমক থুমা খঙদে মতম্তা চহী চামা লৈরগা খঙদে শিগদবা ওয়াক্নি। আয়ুগী বাদি করিসু থৌশানঙাই লৈতে, অদুবু শিগদৌরবা মীগী মখোদুনি বা ওইরিবদি। মহারাজ পরীক্ষিৎনা শুকদেব গোস্বামীদা থুংলমখা মতমদু বাহং অনীসি হংখি। অমেংবদি শ্রীমদ্ভাগবতম্গী স্কন্ধ অনীশুবদগী তরানীথোইশুবকাওবা পুম্নমকসিদা বাহং অনীসি নৈনখনি। নৈনরগা অরোয়বা লৌখ্রা বাদি ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণদা ভক্তি তৌবগী মীওইবা পুম্নমক্কী লেঙজবা মখোনি হায়রকপিনি। বাকমসি শ্রীমদ্ভগবদগীতাগী লোইশল্লকপা মতাঙদা ভগবান্ মশামক্না হায়রম্লিবনি। বাকপসি মহারাজ পরীক্ষিৎসু মখঙবদি, অদুদা তিল্লরিবা মহর্ষিশিংদুনা মতু অমংতা ওইনা মানা থাজরবদু য়াবিরবদি মহাত্মা তৌরগে লেপ্পথা মথৌদু য়েংলবা বাওদবমথৌ চংথবা ওমগনি 'হায়বকলী বাহু হংখিবনি। মহাত্মা থোইদোক্লা 'গুরু' হায়না (পুম্নমক চুর্নী হায়রবা)

শব্দসি পল্লম্মী। আত্মা-উপলব্ধিগীদমক দার্শনিক কয়া কয়ানা সাধন মখল মখল তাক্লম্মী। মখোয়দু থরমনা খ্বাইদগী কবা (উত্তম), থরমনা ময়ায়-ওইবা ( মধ্যম ), থরমনা ইতোন-তোনবা ( অবর ) সাধন-নি। উত্তম সাধনদি অতৈ সাধনশিংদু থাদোক্লগা ভগবান্গী খোঙ-থম্বান্দা আত্মনিবেদন (ইশাবু কখোকপা) তৌবা অসিনি, অদু ওইরবদি পাপ পুন্নমক কোক্তুনা পাপকী ফল চায়রোই।

### শ্লোক ২৫

**তত্রাভবদ্ভগবান্ ব্যাসপুত্রো যদৃচ্ছয়া গামটমানোঽনপেক্ষঃ।**
**অলক্ষ্যলিঙ্গো নিজলাভতুষ্টো বৃতশ্চ বালৈরবধূতবেষঃ॥২৫॥**

### শব্দার্থ

তত্র মফমদুদা; অভবৎ—থুংলখি; ভগবান্—শক্তিচেনবা; ব্যাসপুত্রঃ—ব্যাসদেবগী মচানুপাংগো; যদৃচ্ছয়া—মনীঙ তম্না; গাম্—পৃথিবী; অটমানঃ—কোয়রকপদা; অনপেক্ষঃ—ওইচবা থন্দবা; অলক্ষ্য—উদবা; লিঙ্গঃ—খুদম, চিহ্ন; নিজলাভ-তুষ্টঃ—মশাগী অকংবনা পেনবা; বৃতঃ—কোয়শল্লবা; চ—অমসুং; বালৈঃ—অঙাঙশিংনা; অবধূত—অতৈনা থৌশাবিদ্রবা; বেষঃ—বেশ-ফোনব।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতম অদুদা ব্যাসদেবনা পোকপা ভগবান্ শুকদেব য়ৌরকখি; মহাক ওইজবা থিদবা অমসুং মশানা অদুম পেঞ্জ-ওম্বা মীনিনা অসুম মালেম অকোয়বদা পঙচৎ চৎলম্বনি। বর্ণাশ্রম করম্বদা লৈবনো হায়বগী খুদম অমত্তা মহাক উৎলমদে। মুপী-অঙাঙ ময়াম্না মাবু কোয়শল্লম্মী; মানা শেৎলম্বা ফিরোনসু মহাকপু কনামতনা থৌশাবিদবা মীতাগুম্না শেৎপা মাল্লী।

### নৈনরোল

'ভগবান্' হায়বা শব্দসি করিগুম্বা মতমদা শুকদেব গোস্বামীগুম্না ভগবদ্ভক্ত অচৌবা থবগী মতাঙদা শীজরে। অসিগুম্বা মুক্তাত্মাশিংদি সংসার-বিষয়াদা পুক্নীং চঙদে মরমদি ভক্তিগী থবক্না অদুম পেন্জহনা লৈ। মথক্তা হায়খিবদুনি, শুকদেব গোস্বামীদি গুরু নাইদে সংস্কার তৌবগী দরকার লৈরমদে। ব্যাসদেবদু মহাকী মশানা অদুম ওইজরকপা গুরুনি মরমদি মঙোন্দগী শুকদেব গোস্বামীনা শ্রীমদ্ভাগবতম্ শ্রবণ তৌখি। অসিগী তুংদদি মহাক আত্মারাম (মথন্তা পেঞ্জবা) হায়বদু ওইখি। অদুনা মহাক দীক্ষানচিংবা তৌবগী নিয়ম অমত্তগী মথৌ পোল্লমদে। মপুঙফাবা মুক্তি ফংলকদবা মীভাশিংগীদমক্তা বিধি-নিয়মশিং চঙবনি, অদুগা শুকদেব গোস্বামীদি মপাবুংগী কৃপাদগী মুক্ত ওইবা হায়বদু ওইরে। নহা ওইবগী হায়রক্রগদি মহাক ফজনা ফি শেৎকম থোকপনি অদুবু মহাক্তি ফি থোক্তুনা কোয়চৎ চৎলম্মী অমসুং সমাজগী চৎনবীগা থওইরমদে। মীয়াম্না মহাকপু থৌশাবিরমদে, মগাকপু অঙাওবরা হায়না থঙনীংদুনা পৃথিবীদা কোয়রকপদা মফমদুদা মহাক লাকখি। মহারাজ পরীক্ষিৎনা করি তৌকম থোকপগে হায়না বা হংলম্বদুদা মহর্ষিশিংদু মত মান্নরমদবা মাল্লী। মরমদি মুক্তিগীদমক নানা পণ্ডিতকী নানামত লৈরম্মী। পুন্সিগী থমথেংবা পান্দমদি ভগবান্দা ভক্তি লৈবা গুম্বা হায়বদুনি। ভাক্তরশিংগী মরক্তা থেম্বগুম মহার্ষিশিংগী মরক্তসু মত থেরংম্মী। অসুম্না তৌনরিঙৈ মতমদুদা ব্যাসদেবগী মপারি শক্তিচেন্বা মহাত্মাদু মফমদুদা থুংলখি।

## শ্লোক ২৬

**তং দ্ব্যষ্টবর্ষং সুকুমারপাদ করোরুবাহ্বংসকপোলগাত্রম্।**
**চার্বায়তাক্ষোন্নসতুল্যকর্ণ সুভ্র্বাননং কম্বুসুজাতকণ্ঠম্॥ ২৬॥**

### শব্দার্থ

তম্—মহাকপু; দ্বি-অষ্ট—তরাতরুক; বর্ষম্—চহী; সুকুমার—তনৌবা; পাদ—খোঙ; কর—খুৎ; উরু—কৈগল; বাহু—পাম্বোম; অংস—লেংবান্; কপোল—নাপ্প; গাত্রম্—হকচাঙ; চারু—ফজবা; আয়ত—লাউবা; অক্ষ—মীৎ; উন্নস—অৱাঙবা নাতোন; তুল্য—মান্‌বা; কর্ণ—নাকোঙ; সুভ্রু—ফজবা পিশুম; আননম্—মায়খোঙ; কম্বু—মোইবুং; সুজাত—ফজনা শেম্নবা; কণ্ঠম্—খৌরি, শক্।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ব্যাসদেবগী মচানুপাহু চহী তরাতরুক্তা ওায়রি। মাগী খোঙ, খুৎ, কৈগল, পাম্বোম, লেংবান্, নাপ্প-নচিংবা হকচাঙ-কায়াৎ পুম্নমক ফজনা তনৌনা য়াংলম্মী। মীৎ অনীহু ফজনা লাওরম্মী, মনাতোন্‌গা মনাকোঙগস্ সাংওী। মাগী পিশুম অহু ফজে। মাইখোংস্ ফজে, অহুগা শকখৌরিহু ফজবদা মোইবুংগা পাংখল্লি।

### নৈনৱোল

ঈকাইখুম্নবা-য়াবা মীতাগী হকচাঙ কায়াৎ থারকপদা খোঙনা হাম্না হৌল্লি; মসিগুম্না ঈকাই-খুম্নবগী নিয়মসি মফমসিদা শুকদেব গোস্বামীগী মতাঙদস্ খোঙদগী হৌরি। মহাকী চহী তরাত-রুক্তমক ওায়রি। মী অমবু সম্মান ঈকাইখুম্নবদি মাগী থবকীদমক খুম্নে চহী য়াম্বগীদমক নত্তে। মী হায়বসে জ্ঞানবৃদ্ধ (জ্ঞান লৈবনা অহন) ওইবা য়াই, চহীদমক ওাক অহন ওইদে। ব্যাসদেবগী মচানুপানি হায়রিবা শ্রীশুকদেব গোস্বামীসি চহী ১৬-তমক ওায়রম্নবস্ ঋষিশিংদগী হেন্না জ্ঞান-লৈবা ওইরম্মী।

## শ্লোক ২৭

**নিগূঢ়জত্রুং পৃথুতুঙ্গবক্ষসমাবর্তনাভিং বলিবল্গূদরং চ।**
**দিগম্বরং বক্ত্রবিকীর্ণকেশং প্রলম্ববাহুং স্বমরোত্তমাভম্॥ ২৭॥**

### শব্দার্থ

নিগূঢ়—খুম্‌জল্লবা; জত্রুম্—লেংবান্-শরু; পৃথু—অপাকপা; তুঙ্গ—অৱাঙবা; বক্ষসম্—থবাক;-আবর্ত—কোয়রৈ-লৈবা; নাভিম্—খোয়দো; বলি-বল্গু—চাউরাং-লাংবা; উদরম্—পুক; চ—অমসুং; দিক্-অম্বরম্—মায়কৈনা ফি ওইনা শেৎপা (ফি-থোকপা); বক্ত্র—খোয়-খোয়বা; বিকীর্ণ—ইচাই-চাইবা; কেশম্—শম্; প্রলম্ব—শাংলবা; (খুকউ-য়োনা চোন্‌বা); বাহুম্—খুৎপাম্বোম; সু-অমর-উত্তম—দেবতাশিংগী খোইরবা (কৃষ্ণ); আভম্—কুচু।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মাগী খৌরি মথাগী শরুদো শদোওনা কুপ্নম্মী; থবাক অহুনা পাক্লা য়াংলম্মী। খোয়দোহু কোয়রক কোয়না কুংলী; পুক ফজনা খোল্লী। পাম্বোম অনীহু শাংনা চোম্বরম্মী, খোয়খোয়বা শম্লাংনা ফজরবা মায়খোংহুনা ইচাই-চাইরম্মী। ফি শেৎলমদে। কুচুনা ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগুম্না ফজরম্মী।

নৈনয়োল

মাগী শাবান্-শক্তা ,য়েংলগদি খ্বায়গীগা মহাক্কীগা মান্নবমদে। শুকদেব গোস্বামীগী শকৃওং-শাদাগী খুদমশিংদি ময়ামগ্গা-মান্নদে হকচাঙ-কায়াংকী ফিজৈবদা মহাক্কশিংকী খুদম ঙাক্কনি। মী-লাই পুন্নমক্কগী খোইরিবা শ্রীকৃষ্ণগী কুচুগা মাগী কুচুগা মান্নৈ।

শ্লোক ২৮

শ্যামং সদাপীব্যবয়োহঙ্গলক্ষ্ম্যা স্ত্রীণাং মনোজ্ঞং রুচিরস্মিতেন।
প্রত্যুত্থিতাস্তে মুনয়ঃ স্বাসনেভ্যস্তল্লক্ষণজ্ঞা অপি গূঢ়বর্চসম্ ॥২৬॥

শব্দার্থ

শ্যামম্—মুরৈনবা; সদা—মতম পুম্বদা; অপীব্য—য়াম্না হেন্না; বয়ঃ—চহীমতাঙ; অঙ্গ—হকচাঙ; লক্ষ্ম্যা—ফজবগী মাশিনা; স্ত্রীণাম্—নুপীশিংগী; মনোজ্ঞম্—পুক্নীং-চুবা; রুচির—শুমহৎলবা; স্মিতেন—মনোক্না; প্রত্যুত্থিতাঃ—লেপখৎলম্মী; তে—মখোয়; মুনয়ঃ—মুনিশিং; স্ব—মশা মশাগী; আসনেভ্যঃ—ফমুকমুদগী; তৎ—মখোয়ঃ লক্ষণজ্ঞা—শকৃওং-শাদাগী খুদম-খঙবা; অপি—ফাওবা; গূঢ়বর্চসম্—থুপ্নবা মতীক-ময়াই (তেজ)।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাক মুরৈনবা কুচুনি অতুগা মখোক্তাবা চহীমতাঙনা য়েংবদা য়াম্ন ফজরম্মী। মাগী শক্তী মাশিনা অতুগা পুক্নীং-চুবা মীনোক্না নুপীশিংবু শুমহৎনগাইনি। মাগী তেজ লোৎন-লোৎনমক শকওং-শাদাগী খুদম খঙবা মুনিশিংতুনা মখোয় মখোয়গী ফমুকমুদগী হৌগৎলগা মহাকপু ঊকাইখুম্নরম্মী।

শ্লোক ২৯

স বিষ্ণুরাতোঽতিথয় আগতায় তস্মৈ সপর্যাং শিরসাজহার।
ততো নিবৃত্তা হ্যবুধাঃ স্ত্রিয়োঽর্ভকা মহাসনে সোপবিবেশ পূজিতঃ ॥২৯॥

শব্দার্থ

সঃ—মহাক; বিষ্ণুরাতঃ—মহারাজ পরীক্ষিৎ (বিষ্ণুনা মতম পুম্বদা ঙাক-শেল্লিবা); অতিথয়ে—অতিথিদা; আগতায়—লাক্লবা; তস্মৈ—মঙোন্দা; সপর্যাম্—হকচাঙ পুক্কগা লোয়ননা; শিরসা—মকোকন; আজহার—খুরুম্মী; ততঃ—অতুগী তুংদা; নিবৃত্তঃ—হন্থি; হি—লেপ্নমক; অবুধাঃ—অপঙবা; স্ত্রিয়ঃ—নুপীশিং; অর্ভকাঃ—অঙাংশিং; মহা-আসনে—অৱাংবা অসিনদা; সঃ—মহাক; উপবিবেশ—ফমুপখম্মী; পূজিতঃ—ঊকাইখুম্নবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

বিষ্ণুরাত (বিষ্ণুনা মতম পুম্বদা ঙাকশেল্লবা) হায়নবা খঙনবা মহারাজ পরীক্ষিৎনা মহা-অতিথি শুকদেব গোস্বামীবু তরাম ওক্না মোমুৎনা খুরুম্মী। মতমদুদা শুকদেব গোস্বামীবু কোমুনদুনা তুংইনরম্বা অপঙবা অঙাং-নুপীশিংদু হন্‌খি। ময়াম পুম্নমক্না সম্মান তৌরবদা শুকদেব গোস্বামীনা মহাক্কী অৱাংবা আসনদা মফম লৌখম্মী।

নৈনরোল

শুকদেব গোস্বামীনা সভাদা থুংলরবা মতমদা শ্রীলব্যাসদেব, নারদনচিংবা মী খরা নত্তন্না লৈরম্লিবা মী খুদিংমক্কে অহুগা ভগবান্গী অচৌবা ভক্তবু তরাম তরাম ওক্লীংবা মহারাজ পরীক্ষিৎনে দণ্ডবৎ তৌহুনা খুরুম্লম্মী। শুকদেব গোস্বামীসু শাগোল্লহুনা, খুৎপায়নহুনা, ওকনোন্দুনা, ময়ামহুবু তরাম্না হন্না ওকম্মী। অহুগা মপাবুং ব্যাসদেবদা অমসুং নারদ মুনিদা দণ্ডবৎ তৌহুনা খুরুম্লম্মী। মতৌ অসুম তৌরগা মণোন্দা সভাপতিগী আসন-হু কৎলম্মী। মগাকপু অহুম্না নিংথৌগা মুনিশিংগনা তরাম্না ওকপহু উবদা মাগী তুংইন্নবা মপণবা মুপী-অঙাঙশিংহু ওকসু ওক্লম্নে অহুগা কিন্নু কিরম্মী। অহুনা মখোয়না উয়াংনা তৌরবা মতৌহু তোক্কুনা হন্থি; মফমহুদা ঈংবগা চীওলেম্বগনা ওাল্লম্মী।

শ্লোক ৩০

**স সংবৃতস্তত্র মহান্ মহীয়সাং ব্রহ্মর্ষিরাজর্ষিদেবর্ষিসত্ত্বৈঃ।**
**ব্যরোচতালং ভগবান্ যথেন্দুর্গ্রহর্ক্ষতারানিকরৈঃ পরীতঃ॥ ৩০॥**

শব্দার্থ

সঃ—মহাক (শ্রীশুকদেব গোস্বামী); সংবৃত—কোয়শল্লবা; তত্র—মফমহুদা; মহান্—অচৌবা; মহীয়সাম্—চাউরেন্-চাউবশি'গী; ব্রহ্মর্ষি—ব্রাহ্মণ ঋষি, রাজর্ষি—নিংথৌ-ঋষি; দেবর্ষি—লাই-ঋষি; সত্ত্বৈঃ—ময়াম্না; ব্যরোচত—ঙাস্থোইরম্মী; অলম্—ওস্বা; ভগবান্—তেজ লৈবা; যথা—গুম্না; ইন্দুঃ—থাজ; গ্রহ—গ্রহ; ঋক্ষ—ঋক্ষ; তারা—থবাম্মচাক, নিকরৈঃ—পুম্বনা; পরীতঃ—কোয়শল্লবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নোংদোন-থাজবু গ্রহনা ঋক্ষনা নক্ষত্রনা কোয়শনবগুম্না শুকদেব গোস্বামীবু ব্রহ্মর্ষি, রাজর্ষি অমদি দেবর্ষিশিংনা পুঙকোয় কোয়শল্লম্মী। মহাক ফজনা ঙাস্থোইখি অমসুং মী পুম্নমক্না সম্মান তৌখি।

নৈনরোল

ঋষিশিংগী অচৌবা সভাহুদা ব্রহ্মর্ষি ব্যাসদেব, দেবর্ষি নারদ, ক্ষত্রিয় নিংথৌ-ওস্বা পরশুরাম য়াওরম্মী। মখোয় খরদি ভগবান্গী মতীকময়াই-লৈবা অবতার ওাল্লি। শুকদেব গোস্বামীদি ব্রহ্মর্ষি নত্রগা দেবর্ষি হাম্বনা খঙনরমদে, অহুগা মহাক নারদ, ব্যাস অমদি পরশুরামগুম্বা অবতারসু নৎলমদে। অহুম ওইনমক মখোয়দগী হেন্না মাবু সম্মান তৌরম্মী। মসিগী অর্থদি ভগবদ্ভক্তবু ভগবান্দগী হেন্না জগৎনা মান তৌয়ি। মরমহুনা শুকদেব গোস্বামীগুম্বা ভক্তগী গুণবু হন্বনা যেংবা তৌহৈদে।

শ্লোক ৩১

**প্রশান্তমাসীনমকুণ্ঠমেধসং মুনিং নৃপো ভাগবতোঽভ্যুপেত্য।**
**প্রণম্য মূর্ধাবহিতঃ কৃতাঞ্জলির্নত্বা গিরা সূনৃতয়ান্বপৃচ্ছৎ॥ ৩১॥**

শব্দার্থ

প্রশান্তম্—ঈংনা-তপ্পবা; আসীনম্—ফম্লিবা; অকুণ্ঠম্—চিংনবা লৈতবা; মেধসম্—বুদ্ধি চপ-চানা লৈরবা; মুনিম্—মুনিবু; নৃপঃ—নিংথৌনা (মহারাজ পরীক্ষিৎনা); ভাগবতঃ—ভক্ত; অভ্যুপেত্য—মনাক চঙলগা; প্রণম্য—খুরুমজহুনা; মূর্ধ্না—মকোক; অবহিতঃ—চপ চানা; কৃত-অঞ্জলিঃ—খুৎ-লোল্লহুনা; নত্বা—নোল্লুক্না; গিরা—বাহৈনা; সূনৃতয়া—খোম্ব ম্না; অন্বপৃচ্ছৎ—হংখি।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীলশুকদেব গোস্বামী কৌবা মুনিনা করিমত্তা লেঙ-খোঙবমখৈ কয়ন্মী, বুদ্ধি থৌবা অমদি হংলকপা বাহং খুদিংমক করিমত্তা চিংনবা লৈতনা খুমগদৌবগী লৈবা ওইনা তৌরম্মী। মসু উবদা মহাভক্ত মহারাজ পরীক্ষিৎনা মনাক্তা চঙতুনা নোল্লুক্লনা খুরুম্মী অদুগা নোঙনা খুৎ লোন্নরগা অখুম্বা বাহৈদা বা হংজরম্মী।

### নৈনরোল

শিক্ষাগুরুদা বা হংবদা মহারাজ পরীক্ষিৎনা তৌরম্বা মতৌমরাংসু শাস্ত্রনা তাকপগী য়েংলুরগদি চপ চাবা মতৌনি। শাস্ত্রনা তাকপদি অসিনি—কনাগুম্বনা গুরুগী মকমদা পরবিদ্যাগী মরম খঙনবা হংগে হায়রবদি য়াম্না নোম্না চঙবা তাই। মহারাজ পরীক্ষিৎ হৌজিক শিগদবগী শেমশারম্মে অদুগা সুমীৎ ভরেংনিগী মমুঙদা ভগবদ্ধামদা চঙবা তারবদি করম্না তৌগদগে হায়বসু খঙবা তাবনি। অসিগুম্বা লুরবা মত্তাঙদদি গুরু অমগী মনাক্তা চঙবা তারে। পুক্নিগী সমস্যা কোক্নবগী নত্রগদি গুরুগী নাক্তা চঙলুত্রবস্থ য়াই। অদুগা গুরুদা হংগদবা বা করিনো হায়বসু হংবা হৈত্রগদি গুরু উনরুবগী কান্নবা লৈতে। গুরুনা চেনগদবা গুণ অসু শুকদেব গোস্বামীগী মশাদা চপ চানা উৎতুনা লৈরম্মী। গুরুনে শিষ্যনে হায়বদি শ্রীশুকদেব গোস্বামীনে অদুগা মহারাজ পরীক্ষিৎনে অনীমক শ্রীমদ্ভাগবতম্‌গী মপান্না সিদ্ধি ফংলম্বা ওাক্নি। শ্রীশুকদেব গোস্বামীসু মপাবুং ব্যাসদেবদগী শ্রীমদ্ভাগবতম্ তমগ্রবনি, অদুবু ভাগবতম্ থীবগী তাঞ্জাদি ফংত্রিবনি। মহাক্না মহারাজ পরীক্ষিৎকী মাঙদা শ্রীমদ্ভাগবতম্ থীথি অদুগা মহারাজ পরীক্ষিৎকী বাহংশিংগী পাউখুম করিমত্তা চিংনবা লৈতনা পীরম্মী। মতৌ অসুম্না গুরু-শিষ্য অনীমক মুক্তি ফংখি।

### শ্লোক ৩২

**পরীক্ষিদুবাচ**
**অহো অদ্য বয়ং ব্রহ্মন্ সংসেব্যাঃ ক্ষত্রবন্ধবঃ।**
**কৃপয়াতিথিরূপেণ ভবদ্ভিস্তীর্থকাঃ কৃতাঃ ॥ ৩২ ॥**

### শব্দার্থ

পরীক্ষিৎ উবাচ—মহারাজ পরীক্ষিৎনা হায়রম্মী; অহো—আঃ; অদ্য—ঙসিদি; বয়ম্—ঐখোয়; ব্রহ্মন্—হে ব্রাহ্মণ; সংসেব্যাঃ—ভক্তবু সেবা তৌবগী মতীকচাজবা; ক্ষত্র—ক্ষত্রিয়; বন্ধবঃ—মরিমতা; কৃপয়া—চান্‌বিসুনা; অতিথিরূপেণ—অতিথি ওইনা; ভবদ্ভিঃ—নহাক্না; তীর্থকাঃ—তীর্থ; কৃতাঃ—ওইহন্‌বিরে।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

পরীক্ষিৎনা হায়রম্মী—হে ব্রাহ্মণ। নহাক্না অতিথি ওইনা য়োবিরকপা মরম্না ঐখোয়বু তীর্থ ওইহনবিসুনা শেংদোকপিরে। নহাকী কৃপানা মতীক চাত্রবা ক্ষত্রিয় মচা ঐখোয়বু ভক্তসেবা তৌবা ঙমহন্‌বিরে।

### নৈনরোল

সংসারী ভোগীশিংগী নাক্তা লোইদোক হেন্দোক্লা নিংথৌশিংগী নাক্তা শুকদেব গোস্বামীগুম্বা সাধু ভক্তশিংনা থক চঙদে। মহারাজ প্রতাপরুদ্র চৈতন্য-প্রভু-নীঙবা মী অমনি, অদুবু মহাক্লা মহাপ্রভুবু দর্শন অমুক্তা তৌগে নীংজবদা মহাক নিংথৌনি হায়দুনা মহাৎভুনা মহাকপু উননীংখিদে। ভগবান্‌গী নাক্তা হন্নীংবা ভক্তশীদমক্তি পোৎলম অনীথক থিংডী, মদুদি সংসারগী ভোগী অমসুং মুপী। মরমদুনা শুকদেব গোস্বামীগী থাক্তা লৈরবা ভক্তশিংনা নিংথৌশিংগা উননীংদে। অদুবু মহারাজ পরীক্ষিৎকী বাদি অতোপ্পনি। মহাক নিংথৌ ওইরবসু মহাভক্ত অমনি, মরমদুনা শুকদেব গোস্বামীনা মহারাজগী পুক্সি লোয়রকপা মতাঙদা উনবা লাকখি। ভক্তিগী নোঙ্মুকপা হায়বদুনা মহারাজ পরীক্ষিৎতু মহাকী ক্ষত্রিয় মচা মপামপুগুম্না চাউরম্লবসু মখোয়গী মতীক চাদবা মচামগুনি হায়না মথন্তবু খনজরম্মী। মতীক চাদবা ব্রাহ্মণমচাশিংবু ব্রহ্মবন্ধু নৎত্রগা দ্বিজবন্ধু কৌবগুম্না মতীকচাদবা নিংথৌমচাশিংবু ক্ষত্রবন্ধু হায়না কৌনৈ। মহারাজ পরীক্ষিৎতু শুকদেব গোস্বামী লেঙলক্লবদুদা মথবাই য়াম্না চাউখৎখি। সাধু অচৌবনা চৎলু চৎলুবা মফমু তীর্থ ওইহনবগুম্না শুকদেব গোস্বামীনা সভাদা য়াওরবদুদা মহারাজ পরীক্ষিৎনা মথন্তবু পবিত্র ওইহল্লে খল্লম্মী।

### শ্লোক ৩৩

**যেষাং সংস্মরণাৎ পুংসাং সদ্যঃ শুদ্ধ্যন্তি বৈ গৃহাঃ।**
**কিং পুনর্দর্শনস্পর্শপাদ শৌচাসনাদিভিঃ ॥ ৩৩ ॥**

### শব্দার্থ

যেষাম্—মখোয়গী; সংস্মরণাৎ—নীংশীংবদগী; পুংসাম্—মী অমগী; সদ্যঃ—খুদক্তা; শুদ্ধ্যন্তি—শেংদোকয়ি; বৈ—লেপ্পমক; গৃহাঃ—য়ুমশিংবু; কিম্—করি; পুনঃ—অমুক; দর্শন—উনবনা; স্পর্শ—শোকপনা; পাদ—খোঙ; শৌচ—চামথোকপা; আসন-আদিভিঃ—ফীদা থাবনচিংবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নখোয়বু নিংশীংবদদা ঐখোয়গী য়ুম পুম্নমক শেংঙী (পবিত্র ওই)। নখোয়বু উবদা, শোকপদা অশেঙবা খোঙ চামথোকপদা অদুগা ঐখোয়গী য়ুমদা ফীদা থাদুনা ফমহনবদা শেংবা মশেংদুগী বাদি করি অমুক হায়গনি ?

### নৈনরোল

তীর্থবু তীর্থনি হায়রুবগী বাদি মফমদুদা সাধুসন্ত অচৌবশিং লৈবা মরম্নি। পাপচেনবা মীশিং তীর্থধামদা চৎলগা মখোয়গী পাপশিংদু ল শেক্‌না তুংদুনা লৈ। অদুবু মহা সাধুশিংনা লৈরগা পাপশিংদু চামথোকই, অদুনা তীর্থশিংদু মফমদুদা লাকপা সাধু-সন্ন্যাসী ভক্তশিংগী কৃপানা পবিত্র ওইদুনা অদুম লৈথে। অসিগুম্বা সাধুশিংনা সংসারীশিংগী য়ুমদা খোঙদাবিররবদি সংসার-ভোগীশিংগী তুংশন্দুনা লৈরম্বা পাপশিংদু কোকই। মরমদুনা সাধুসন্তশিংদুনা সংসারীশিংগা লোয়নরগা মশাগী ওইজবা থিনঙাই করিসু লৈরমদে। সাধুশিংদুগী উদ্দেশ্য অমথক্তং লৈ মদুদি সংসারীশিংগী য়ুমদু শেংদোকপিবা হায়বদুনি। মরমদুনা অসিগুম্বা মহর্ষি মহামুনিনচিংবনা য়ুমদা খোঙদাবিররবদি গৃহস্থশিংনা তৌবিমল থঙবা উৎপা চুম্মী। অসিগুম্বা সাধুবু সম্মান উৎত্রবা গৃহস্থদি মহা অপরাধ ওইরবনি, মরমসিনা গৃহস্থ অমনা সাধু উৎদা হেক থুরুমত্রবদি মদুগী অপরাধ কোক্নবা গৃহস্থনা নোংমদু চরা হেন্‌গদবনি হায়না শাস্ত্রনা তাকই।

শ্লোক ৩৪

সাংনিধ্যাত্তে মহাযোগিন্ পাতকানি মহান্ত্যপি।
সদ্যো নশ্যন্তি বৈ পুংসাং বিষ্ণোরিব সুরেতরাঃ॥ ৩৪॥

শব্দার্থ

সাংনিধ্যাৎ—নক্লবদদা; তে—মখোয়; মহাযোগিন্—হে মহাযোগী; পাতকানি—পাপ থিবিক; মহান্তি—অচৌরা; অপি—সু; সদ্যঃ—খুদক্তা; নশ্যন্তি—মাঙডৌ; বৈ—লেপ্পমক; পুংসাম্—মীঅমগী; বিষ্ণোঃ—বিষ্ণুগী; ইব—গুম্না; সুর-ইতরাঃ—দেবতা-নত্তবশিং।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে মহাযোগী, বিষ্ণুগী নাক্তা অসুরশিংনা (বিষ্ণু থাজদবা মীনা) লৈবা ঙমদবগুম কনাগুম্বা মী অমগী পাপশিংহ্ মহাকপু হেক উবা খুদক্তা মাঙখিগনি।

নৈনরোল

মী কাঙলুপ অনী লৈ, মখোয়হ্দি অমনা অসুর (ভক্তনৎতবা) অদুগা অমনা ভগবদ্ভক্ত। ভগবদ্ভক্তদি দৈব (লাইগী) গুণ চেন্‌বা মরম্না মাবু দেব কৌই অদুগা অসুরবুনা হিংচাবা (দৈত্য) কৌই। পরমেশ্বর ভগবান্ বিষ্ণুগী নাক নকপা অসুরবুদি ঙমদে। অসুরশিংনা মতম পুম্বদা বিষ্ণুবু মায়থীবা পীগদবগী হোৎনবহ্না শৎক-চিল্লী, অদুবু তল্লোংবদি ভগবান্না হেক শকউৎলবদা অসুরহ্ খুদক্তা হেক মাঙখি। বিষ্ণু ভগবান্না শকউৎপা হায়বসি মাগী দিব্য ওইবা নাম, মূর্ত্তি, গুণ লীলানচিংবা মথল-মথেলগী মপোৎ ওইনসু উৎল্লী। ভগবান্‌গী নাম হেক শোন্‌বদা ভূতনা লৈবা ঙম্দে হায়নৈ। ভগবান্‌গী মহর্ষিশিং অমসুং মহাভক্তশিংদি মহাক্কী পরিকর মসুং চল্লী, মরমহ্না মহর্ষি ভক্ত অমা হেক লৈবদা ভূতকী মশক ওইবা পাপশিংহ্ খুদক্তা মাঙডৌ। মসি বেদশাস্ত্র পুম্নমক্কী বানি। মরমহ্না সংসারদা লুপ্পবা অসুরশিংনা অমদি ভূতকুম্বা মীতানা লাকচবা ঙম-দনবা সাধুভক্তশিংগদা সঙ্গতৌ হায়না হায়রিবনি।

শ্লোক ৩৫

অপি মে ভগবান্ প্রীতঃ কৃষ্ণঃ পাণ্ডুসুতপ্রিয়ঃ।
পৈতৃষ্বসেয়প্রীত্যর্থং তদ্গোত্রস্যাত্তবান্ধবঃ॥ ৩৫॥

শব্দার্থ

অপি—করি; মে—ঐগী; ভগবান্—ভগবান্; প্রীতঃ—পেন্‌বা; কৃষ্ণঃ—ভগবান কৃষ্ণ; পাণ্ডুসুত—পাণ্ডুনিংথৌগী মচাশিং; প্রিয়ঃ—নুংশিবা; পৈতৃ—মপাগী মরীদা; স্বসেয়—মচে নুপীগা মফমগী মচাশিং; প্রীতি—পেন্‌হনবা; অর্থম্—মরমগীদমক; তৎ—মখোয়গী; গোত্রস্য—শাগোংগী; আত্ত—লৌনবা; বান্ধবঃ—অরূপ ওইবা মরী ওইনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

পাণ্ডবশিংগী নুংশিজবা ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনা মহাক্কী মনেম্না পোকপা মচিম্নাওশিংবু পেন্‌হনবা মরী মতা মরুক্তা ঐহাকপু অমনি হায়না লৌখৎপিরে।

### নৈনরোল

মুস্বাসোম্ণা লুপ্লবা মীনা মাগী ইমুংগী কান্নবা তৌবদগী শুদ্ধভক্ত অমনা হেন্না হৈশিংনা কান্নবা তৌরি। মী অয়াম্বনা ইমুং-মচুংগী থবক্তা ওাক নপু়না লৈ, অদুগা মীওইবা সমাজগী লন্ ফংনবা ইরাং পুম্বা ইমুং-মচুংবু চুংশিবদগী তৌবা ওাক্লি। অসিগুম্বা মায়াদা ভাউগিবা মীতাশিংনা কন্না-গুম্বনা ভগবদ্ভক্ত ওইরগা ইমুং মচুংগী সেবাচু হেন্না ফজনা তৌবা ঙম্মী হায়বসি এওদে। ভক্ত অমগী ইমুংগী মী অমদি মচামচাশিংবু মখোয় মশানা ভুক্ত নত্রবসু ভগবান্না ওাকশেনবগী থবক্তু থোইদোকপা থবক অমা ওইনা তৌবী। মহারাজ প্রহ্লাদ ভগবদ্ভক্ত অচৌবা অমনি অদুগা মপাবুং হিরণ্যকশিপুদি অসুরনি অমসুং ভগবান্গী বৈরীনি হায়না লাওথোক্লরনি। অদুম ওইনমক প্রহ্লাদগী মপা ওইরুবদগী হিরণ্যকশিপুদা মুক্তি পীনবিখি। ভগবান্ শ্রীয়ামুক থোজান হৈবগে হায়বদু মস়ুমা মহাক্তী ভক্তগী ইমুং মচুংগী মীশিংবু ওাকশেনবী; মরমসিনা কনাগুম্বনা ভক্তি সাধনগীদমক ইমুংগী মীশিংবু হন্দোক্লবসু ভক্তচুনা করিসু চিন্তা তৌনভাই মরম লৈতে। মহারাজ যুধিষ্ঠির অমসুং মনাওশিংচু শ্রীকৃষ্ণগী মনেতোন্না পোকপা ওাক্লি, অদুনা মহারাজ পরীক্ষিৎনা পাণ্ডবকী থাক্না ওইবনিনা ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনা মহাকপু য়েংবিরম্মী।

### শ্লোক ৩৬

**অন্যথা তেঽব্যক্তগতের্দর্শনং নঃ কথং নৃণাম্।**
**নিতরাং ম্রিয়মাণানাং সংসিদ্ধস্য বনীয়সঃ ॥ ৩৬ ॥**

### শব্দার্থ

অন্যথা—অদু নত্রগদি; তে—নহাক্কী; অব্যক্ত-গতেঃ—মতৌ খঙঙমদবা মহাক্কী; দর্শনম্—উবা; নঃ—ঐখোয়গীদমক; কথম্—করম্না; নৃণাম্—মীওইবশিংগী; নিতরাম্—থোইদোক্না; ম্রিয়মাণানাম্—শিগদৌরবা মীশিংগী; সংসিদ্ধস্য—সিদ্ধি-ফংলবা মীগী; বনীয়সঃ—লাক্লীংবা লাকপা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অদু নত্রগদি (শ্রীকৃষ্ণনা ইন্শন্বা নত্তনদি) নহাক্না করম্না মফমসিদা লেওক্কদৌবিরনো? মরমদি ময়াম্না খঙঙমদবা মওংদা নহাক চংলিরবনি অদুগ্না শিগদৌরবা ঐখোয়গুম্বগী উনঙাইসু নত্তে।

### নৈনরোল

মহর্ষি শুকদেব গোস্বামীচু ভগবদ্ভক্ত মহারাজ পরীক্ষিৎতা শ্রীমদ্ভাগবতম্গী উপদেশশিং তাক-পিক্লনবা নিংথোগী মাঙদা য়োক্লনবা ভগবান্না ইন্শল্লকপনি। কনাগুম্বনা ভক্তিসাধন তৌবদা সিদ্ধি ফংগে হায়রবদি মচু গুরুগী অমসুং ভগবানগী কৃপাতুনা ঙমগদবনি। দীক্ষাগুরুদি কনাগুম্বগী সিদ্ধি ফংনবা তৌবদা ভগবানগী প্রকাশ ওইরা প্রতিনিধিনি। ভগবান্না মঙম-হাপ্লবা কনামতনা দীক্ষা গুরু ওইবা য়াদে। শ্রীলশুকদেব গোস্বামীদি ভগবান্না মঙম-হাপ্লবা গুরুনি, অদুনা মহাক মহারাজ পরীক্ষিৎকী মাঙদা য়োরগা শ্রীমদ্ভাগবতম্গী উপদেশ ময়ামচু তাকহল্লম্বনি। ভগবান্না মাগী মচুং অশেঙবা অমবু থাবিরতুনা কনাগুম্না অমবু চানরিরবদি মহাক অদু ভগবানগী নাক্তা হন্‌বা সিদ্ধিচু ফংগনি। ভগবানগী মচুং অশেঙবা অমবু ভগবদ্ভক্ত অমনা থেংনরবদি ভক্তচুনা শিরবা মতুংদা ভগবানগী নাক্তা হন্‌বা হায়বচুদি শোয়রক্রনি। অদুমকপু ভক্তচুগী মপূকচেল শেংবদা লৈরে। ভগবান্দি জীব খুদিংগী থম্মোই-

লকাদুংদা লৈ, অহুনা মহাক্না মীপুম থুদিংগী শাক্তং মতৌ থত্তী। থোইদোকপা জীব অমনা ভগবান্গী নাক্তা য়ায়া হন্নবীংলে হায়বা হেক উবগা থুনক্তা ভগবান্না মাগী অশেঙবা মহুৎ অমু থারকয়ি। পূরকচেল -শেংবা ভক্তবু মতৌ অমুন্না শোয়দনা ভগবান্গী নাক য়োনবা তৌবি। য়া হায়ববু অশেঙবা গুরু অমগী মতেঙ ফংবা হায়বসে ভগবান্ মশামক্তী সাক্ষাৎ মতেঙ ফংবা কৌয়ি হায়বনি।

## শ্লোক ৩৭

**অতঃ পৃচ্ছামি সংসিদ্ধিং যোগিনাং পরমং গুরুম্।**
**পুরুষস্যেহ যৎকার্য্যং ম্রিয়মাণস্য সর্ব্বথা॥ ৩৭॥**

### শব্দার্থ

অতঃ—মরমঅহুনা; পৃচ্ছামি—ঐনা হংজরি; সংসিদ্ধিম্—সিদ্ধি; যোগিনাম্—যোগীশিংগী; পরমম্—পূমথোই থোইবা; গুরুম্—গুরুবু; পুরুষস্য—মী অমগী; ইহ—পুন্সিসিদা; যৎ—মহু; কার্য্যম্—থবক; ম্রিয়মাণস্য—শিগদোরবা মীগী; সর্ব্বথা—মওং পুম্নমক্তা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নহাক্তি যোগীশিংগী গুরু অথোইবনি। অহুনা মী পুম্নমক্না সিদ্ধি ফংনবগী, থোইদোক-হেন্দোক্না শিগদোরবা মীগী সিদ্ধি ফংনবা লম্বীহু তাকপীনবা হংজচরি।

### নৈনরোল

সিদ্ধি ফংনবা লম থঙনবা থৌরাংজ্রবদি কনামতনা গুরুগী নাক্তা চংলুবগী কান্নবা লৈতে। গুরু হায়বসে গৃহস্থ অমগী লৈতেং মথল অমা নত্তে। অয়াম্বা মতাঙদা উৎচনীংবা গৃহস্থ অমনা কয়িমতা কান্নবা ফংজ্রবসু গুরু হায়বা অমা থম্মী। অমান্বা গুরুহুনা মাগী শিষ্যনি হায়বা মীহুবু চীয়োন তৌই, মহুম তৌবহুনা গুরু-শিষ্য অনীমক নরক-কোমদা শোয়দনমক কুম্মী। মহারাজ পরীক্ষিৎতি অশেঙবা জাতাগী শিষ্যনি, মরমদি মী পুম্নমকীদমক মরু ওইবা থোইদোক-হেন্দোক্না শিগদৌরবা মীগী কান্নবা ওইগদবা বাংং মযাম হংখি। মগারাজ পরীক্ষিৎনা হংলম্বা ৱাকমদি শ্রীমদ্ভাগবতম্গী বিষয় ওইবা বা মরুনি। হৌজিক ঐখোয় য়েংসি গুরু অচৌবসিনা করম্না পাউ-খুম্নম্গে হায়বহু।

## শ্লোক ৩৮

**যচ্ছ্রোতব্যমথো জপ্যং যৎকর্ত্তব্যং নৃভিঃ প্রভো।**
**স্মর্ত্তব্যং ভজনীয়ং বা ব্রূহি যদ্বা বিপর্য্যয়ম্॥ ৩৮॥**

### শব্দার্থ

যৎ—মহু; শ্রোতব্যম্—নাকোঙনা তাকম থোকপা; অথো—অদুগা; জপ্যম্—চীন্না শোনগদবা; যৎ—মহু; কর্ত্তব্যম্—তৌকম থোকপা; নৃভিঃ—মীওইবশিংনা; প্রভো—হে প্রভু; স্মর্ত্তব্যম্—নীংশীঙগদবা; ভজনীয়ম্—নীংগদবা, লাংকদবা; বা—নত্রগা; ব্রূহি—হায়বিয়ু; যৎ—মহু; বা—নত্রগা; বিপর্য্যয়ম্ —অয়াতৈনবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে প্রভু, রাজকুমারশিংনা নাকোওনা অগদবা চীন্না শোনগদবা, তৌরম-থোকপা (তৌরবা য়াদবা) নীংখীংগদবা, নীংশিংগদবা করি করিনো, হায়রুনা অহৃগা মরামসিগী ওইতনবনা কজিলো। হায়মহূ থবা তাকপিয়ু।

শ্লোক ৩৯

নূনং ভগবতো ব্রহ্মন্ গৃহেষু গৃহমেধিনাম্।
ন লক্ষ্যতে হ্যবস্থানমপি গোদোহনং কচিৎ ॥ ৩৯ ॥

শব্দার্থ

নূনম্—মরমদি; ভগবতঃ—নঙগুম্বা মতীক-ময়াই-চেন্‌বগী; ব্রহ্মন্—হে-ব্রাহ্মণ; গৃহেষু—য়ুমদা; গৃহমেধিনাম্—য়ুম্বান্‌বশিংগী; ন—নত্তে; লক্ষ্যতে—উই; (নলক্ষ্যতে—উদে); হি—লোমমক; অবস্থানম্—লৈবা; অপি—সু; গোদোহনম্—শঙ্গোম শুম্বা; কচিৎ—তাঙনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে মতীক-ময়াই-চেন্‌বা ব্রাহ্মণ, শঙ্গোম শুম্বগী চঙবা মতমমু লোয়্বকাওবা নখোয়দি য়ুম্বান্‌বা মীগী য়ুমদা লৈতে হায়। (মরমহূনা হৌজিকমক ঐখী বাহংগী পাউখুম পীবিরম্মু)।

নৈনবোল

সন্ন্যাসধর্ম-চৎপা মুনি-ঋষিশিংদি য়ুম্বান্‌বশিংনা অয়ুক ভত্তা শঙ্গোম শুম্বা মতমদা য়ুম্বানবশিংগী ময়ুমদা চৎলী অহৃগা মখোয়গী হিংবা য়াননবা শঙ্গোম থরদং ভিক্ষা ওইনা নি। শন মখোম শুম্বদা ভায়রিবা অহৃগী সের মখায়মুক্তং থক্লগা অহল অমগীদি ওকয়ি, মহূদা বিটামিন্ শুনা য়াওরে। মরমহূনা মুনি-ঋষিশিংনা শঙ্গোমদমক থক্লগা হিংভী। খ্বাইদগী লৈত-লায়রবা গৃহস্থকাওবা শল অমোম য়ামজ্রবদা ভরাদি য়োকয়ি, মখোয় অমময়া লোংমদা শঙ্গোম কার্ট ১৯-দগী ২০-কাওবা থোকয়ি; মরমহূনা করিমতা চিংনবা লৈতবমখৈ য়ুমথোঙ খুদিংদা মুনি ঋষিশিংগীদমক হায়রুনা শঙ্গোম সের থরদি থাজুনা থম্মে। অতাও য়োকপদোনা মুনি-ঋষিশিংবু য়োকপদি গৃহস্থশিংগী মখৌনি। মরমহূনা শুকদেবগুম্বা মুনিনা অয়ুকী মতাঙদা মিনিট মত্তারোমদগী হেন্না থক গৃহস্থগী য়ুমদা লৈগন্দে। অমরোমদা হায়রগা অসিগুম্বা মুনিশিংবু গৃহস্থগী য়ুমদা য়ান্না তাঙনা উবা ফংডি, মরমহূনা মহারাজ পরীক্ষিৎনা মঙোন্দা পাউতাক পীবিবহূ য়ান্না থুনা পীবিরম্বা শুকদেবদা হঞ্জংলম্মী। মুনি ঋষিনা কনাগুম্বা গৃহস্থগী য়ুমদা লাক্লবদি পরমার্থগী মরমদা বা লৌখোকহৌনবা বুদ্ধি অহৃ গৃহস্থনা চেন্নবা হোৎনগদবগী কৈথেন্দা কংবা পোত্তাগুম্বা বাদি মুনি ঋষিশিংদা হংকদে। অহুম্না মুনি-ঋষিশিংগা গৃহস্থগা মরী থম্নগদবনি।

শ্লোক ৪০

সূত উবাচ
এবমাভাষিতঃ পৃষ্টঃ স রাজ্ঞা শ্লক্ষ্ণয়া গিরা।
প্রত্যভাষত ধর্মজ্ঞো ভগবান্ বাদরায়ণিঃ ॥ ৪০ ॥

### শব্দার্থ

সূতঃ উবাচ—শ্রীসূত গোস্বামীনা হায়রম্মী; এবম্—মতৌ অসুম্না; আভাষিতঃ—ঙাংশল্লক্লবদা; পৃষ্টঃ—হাংলক্লবদা; সঃ—মহাক; রাজা—নিংথৌনা; শ্রদ্ধয়া—অথুম্বা; গিরা—ৱাহৈনা; প্রত্যভাষত—পাউখুম্লম্মী; ধর্ম্মজ্ঞঃ—ধর্ম্ম-খঙবা; ভগবান্—শক্তিচেন্‌বা মী; বাদরায়ণিঃ—ব্যাসদেবগী মচানুপা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীসূত গোস্বামীনা হায়রম্মী—নিংথৌনা অসুম্না ঙাঙলগা অথুম্বা ৱাহৈদা মুনিদা ৱা হংখি। অহুদগী ধর্ম্ম-খঙবা অমদি মতীক-ময়াই চেন্‌বা ব্যাসদেব-মপান্নিনা পাউখুম পীবা হৌরম্মী।

অসুম্না ব্রহ্মসূত্রভাষ্য শ্রীমদ্ভাগবতম্‌গী অহান্‌বা স্কন্দদা 'শ্রীলশুকদেব গোস্বামীনা লেঙলকবা' কৌবা তরা-মাপলশুবা অধ্যায়গী ভক্তিবেদান্ত নৈনরোল লোইরে।

## অহানবা স্কন্ধ লোইরবা

—:(✽✽):—



(মমাঙগী চেখুমদগী)
মফমদুদা ভগবানবু নারায়ণ কৌই অদুগা ধামশিংদুনা বৈকুণ্ঠ ধাম হায়না খঙনৈ।

৪। করিগুম্বদা ব্রহ্মজ্যোতিনা থল্লবা পরব্যোমগী কাচিন অমা দিব্য লৈচিন লোংফাইনা কুপশিন্দুনা থমই। অসুম্না কুপ্লিবা মফমসিবু মহত্তত্ত্ব কৌই। ভগবাননা মহাবিষ্ণু ওইনা মহত্তত্ত্বগী ঈশীংদুদা চেপ্লুনা লৈ। ঈশীংদুবু কারণ সাগর হায়না কৌই।

৫। মানা কারণসাগরদা চেপ্লগা নুংশাশোর হোন্দোরকপদা মশীঙ লাকঙমদ্রবা ব্রহ্মাণ্ড কয়া থোরকই। অসিগুম্বা অতাউবা ব্রহ্মাণ্ডশিংসি কারণসাগরগী মফম পুম্নমক্তা শীনথুংনা চাইথোক্লুনা লৈ। মখোয়না লৈরিবসি মহাবিষ্ণুনা নুংশাশোর অমুক্তং হোনবগী মতমদুখক্তনি।

৬। জগৎ ব্রহ্মাণ্ড খুদিংমক্তা মহাবিষ্ণুদুমক্তা গর্ভোদকশায়ী বিষ্ণু ওইনা চঙই অদুগা গর্ভ সাগরদা শেষনাগগী মথক্তা চেপ্লুনা লৈ। মাগী খোইদৌদগী থম্বাল অমা থিনগৎলকই, থম্বালদুদা লৈশেম্বগী মপু ব্রহ্মা পোকই। জীবশিংগী অপাম্বা মতুংইন্না ব্রহ্মানা জীব মখল কয়া শেমই। মানা নুমিৎ, থা অমসুং অতৈ দেবতাশিংসু শেমই।

৭। ব্রহ্মাণ্ড খুদিংগী ময়ায় চবুক ওইরপ্না নুমিৎ থোকই অদুগা ব্রহ্মাণ্ডগী কাচিন কোয়া থুংনা মরাঙ কায়না মঙাল অমসুং মৈশা য়েম্মোকই। মহত্তত্ত্বগী মনুঙদা লৈরিবা ব্রহ্মাণ্ড লক্ষা কোটি কয়াদুদা মশীঙ থীঙমদ্রবা নুমিৎ লক্ষা কোটি কয়া কয়া থোক্লি। ব্রহ্মাণ্ডশিংসিদি মহৌশানা মম্বনিনা নুমিৎ থা দরকার ওই। বেদনা ঐখোয়বু অমম্বা জগৎসিদগী থোরক্লবা অদুগা মতম পুম্বদা ঙান্দুনতা লৈরবা ব্রহ্মজ্যোতি য়ৌনবা হোৎনৌ হায়না পাউতাক পী।

৮। ব্রহ্মজ্যোতিনা লৈরিবসি নুমিৎ, থা অমসুং বিজুলী শক্তিগী দরকার ওইদবা বৈকুণ্ঠ ধামশিংগী মঙাম্ননি।

শ্রীমদ্ভাগবতম্না ঐখোয়বু গোলোক হায়না কৌবা খ্বাইদগী অথোইবা ধামদু ফংবদা তেংবাংবী। মফমসিদা মীপুম খুদিংমক্তা চঙননবগী থোঙ লাওনা ফাত্তুনা থম্লি। মীওইপোক্তি অসিগুম্বা অখয়বা থৌদাং অসি পাঙথোক্লবগীনি মরমদি মসিবু ফংবা হায়বসি পুম্নীগী খ্বাইদগী অথোইবা মপুঙফাবা থাক য়ৌবা হায়বদুনি।



